# শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতা

( অথুপ্পা বাগা লোয়ননা অন্বয় ব্যাখ্যা )

অধ্যায় ১ — ১৮ সম্পূর্ণ

ইজ্জব

শ্রীমৎপবমহংস পবিব্রাজকাচার্য্য

শ্রীস্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিবি বেদান্তাচার্য্য

মঙ্গল আশ্রম কনখল ( হবিদ্বার )

শেহম্ব ক্রম

জ্ঞান মন্দিব ইম্ফাল

বে নং ৩-০২

ফোঙজবা :
জ্ঞান মন্দিরং ইম্ফাল

অনীশুবা খুৎনম — ১৯৯৩
কোপী মশী — ১০০০

মমল লুপা — মমল লুপা ৩৫০/

নমথম :— মণিপুর গীতা প্রেস শিংজমৈ পাকিং ইম্ফাল।



শ্রীমৎপরমহংস স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরি

বেদান্তাচার্য্য।

# ৱাবোল খবদং

## ( শম্লপ্পা স্বামী শ্রীযোগেন্দ্রানন্দগিরিজী পুন্সি ৱা )

শ্রীমৎপরমহংস স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিজী— ভারতবর্ষগী অরাং নোংপোক চিদাইদা লৈবা মণিপুর হায়বা মফম অসিদা পোকখিবনি হায়বা অসি হৌজিক্কী মতমদা অয়াম্বনা খঙনরবা ৱাফম্নি। হৌখিবা মপোক কয়াদা তৌখিবা পুণ্য কর্ম্মশিংগী সংস্কারনা ইনশিনখ্রুনা পন্থবা তৌদনা মশাগী চহী ২২ শুবা ইংশোক ১৯৩৬ কী মার্চ থাদা মণিপুর থাদোক্লুনা ধর্ম্ম শাস্ত্র তম্নবগী অথোইবা মফম ওইরিবা কাশীদা লৈখিবনি। কাশীদা হান্না লৈরম্বা শ্রীযুক্ত বোধচন্দ্র যুবরাজ অমসুং শ্রীহঞ্জবম ব্রজমণি শর্ম্মাগা মতম খরা লৈমিন্নরগা শ্রীহঞ্জবম ব্রজমণি শর্ম্মাগা লোয়নননা ভারতবর্ষগী মনুংদা অশেংবা তীর্থ ওইনা ফাওরিবা বদরি নারায়ণ কেদারনাথনচিংবা মফমশিং দর্শন তৌবিখি। মতুংদা শ্রীমণিরাম শর্ম্মা ( কৈশামথোংদা লৈবা ) গী মতেংদগী স্বামী শ্রীমঙ্গল গিরি উন্নহুনা মঙোন্দগী ব্রহ্মচারী দীক্ষা লৌখি। ব্রহ্মচারী দীক্ষা লৌবা মতম অসিদা হান্নগী ওইরম্বা মশাগী শকফম অদু পুমক্নো -ঙ্খা দোকখি মী পুম্নমক্না উবদা য়াম্না নুংশিরবা অঙকপা শকফম অমা ওইখি পূর্ব্ব সংস্কার ফোঙদোক্লককপনি অসুম হায়না মতম অদুদা উহৌবশিনা হায়রৈ।

ইংশোক ১৯৩৮ গী এপ্রিল থাদ শ্রীমঙ্গল গিরিজীদগী সন্ন্যাস দীক্ষা লৌই। শ্রীমঙ্গল গিরিজীগী অজ্ঞা মতুংইন্না পঞ্জাবতা সংস্কৃত তমখি। অমৃতসর অমসুং লাহোরদা চহী ৬ লৈদুনা মধ, মধ প্রাজ্ঞ অমসুং বিশারদ পাশ তৌদুনা পঞ্জাব বিশ্ববিদ্যালয়গী শাস্ত্রী পাশ তৌখি অমসুং গুরুজীনা বেদ অমসুং বেদান্ত তমথনবা অজ্ঞা তৌবা মতু ইন্না তমথখি অমসুং ইংশোক ১৯৪৬ তা বেদান্ত আচার্য্য পাশ তৌখি। বেদ শাস্ত্রদা তাক্লিবা সাধন্ পুম্নমক অদু তম্মুবদ নত্তনা অকনবা সাধনা তৌদুনা ঈশ্বরগী মঙাল ফখি।

চহী ৫/৬ বনারসদা সন্ন্যাসী সংস্কৃত কোলেজদা অধ্যাপক ওইনা বিদ্যা দান তৌদুনা লৈখি। মতম অসিদা সিদ্ধান্তজ্যোতিষ আচার্য্য পাশ তৌখি। মতুংদা গোবিন্দ মঠদা লৈখি, মফম অদুদা ভারতকী মফম অয়াম্বদগী বিদ্যা ফংনীংদুনা লাকপা বিদ্যার্থীশিংবু তম্বীদুনা বিদ্যা দান মপুং ফানা তৌদুনা লৈখি অমসুং বেদ বেদাঙ্গ ধর্ম্ম শাস্ত্র দর্শন শাস্ত্র, স্মৃতি শাস্ত্র, পুরাণ ইতিহাসনচিংবা সংস্কৃতকী লাইরিক পুম্নমক নীংথিনা য়েংশিনখি। শ্রীমঙ্গল গিরি লোইশাত্রবা মতুংদা ইংশোক ১৯৭১ দগী বনারস থাদোক্লুনা ঋষিকেশ অমসুং হরিদ্বারদা লৈবিখি।

স্বামীজীনা মণিপুর থাদোক্লুনা কাশীদা লৈগ্রবা তুংদা মরক্তা ইংশোক ৯৪৬ কী এপ্রিল থাদা মাতাজী কন্না নাংবগী পাও ফংদুনা মাতাজী দর্শন তৌবা লাকখি নুমিৎ ২ নি য়োম মহাবলী হনুমান ঠাকুরগী জাগাদা লৈদুনা মাতাজীগী সেবা তৌখি। মাতাজী মেঙাখ্রবা তুংদা কাশীদা অমুক লৈগ্রবা মতম অসিদগীদি মণিপুরগী মীয়ামগা ঈ-পাউ ইফাও ফাওনদবগুন তৌনা

লৈখি। অহান্বা ওইনা ইংশোক ১৯৭৫ গী আগষ্ট থাদা শ্রীডা কে বিনোদকুমার সিংহ (হাওবম মরক্তা লৈবা) গা হরিদ্বার সন্ন্যাস আশ্রমদা উন্নখি। (শ্রীডা কে বিনোদকুমার সিংহ ভারতবর্ষগী ধর্ম্মগী মফম ওইবা আশ্রম পূম্নমক্তা মরী লৈনবা অমসুং শকথঙবা মীওই অমনি।) স্বামীজীগা উন্নবমক্তদা স্বামীজীগী ঈশ্বরগী ওইবা অশেংবা গুণশিং চেল্লবা মায়থোং উবদা মহাক্কী পুক্নীং শুমহৎখি। ডাইহাক বারী শান্নবা তুংদা স্বামীজীনা য়াম্না নুংশিনা মখুৎমক্তা মীতৈলোন্দা ইবা লাইরিক "ভক্তিগী লম্বী" অসি পীনবীরকখি। মতাং অসিদগী মণিপুরদা লৈবা ধর্ম্মগী লম্বীদা পুক্নী চঙশিল্লবা মীতৈশিংগা স্বামীজীগা মরী লৈনবা অমসুং শকখঙনবগী লংল লংজীন ওইখি। মীযামগী কান্নবা ফোঙদোকচগে হায়জবদা হরাওনা য়াবিরকখি।

মণিপুরদা শকলাইবা পণ্ডিত ময়াম্না মীতৈলোন্দা ইবা ধর্ম্মগী লাইরিক কয়ামসু লৈরবনি। পুম্নমক মীওইববু অচৎনা লম্বীদা লমজি বীবা ঙাক্তনি। স্বামীজীনা ইবীরকপা "ভক্তিগী লম্বী" কোবা লাইরিক অসি পাক্লবদা মোংচৌবা ভক্তিগী প্রভাব মযেক শেংনা কাওহনবী, পাক্লবা সাধকশিংগী পুক্নীং চিংশিল্লি। ভারতবর্ষদা ভক্তিগী মার্গ তাকপা লাইরিক য়াম্না পাক চাউনা শন্দোক্লনা লৈখ্রবনি, হৌজিক্কী মতমগী ভক্তশিংনা হায়রিবা ভক্তি শাস্ত্রগী লাইরিকশিং অচৎ তমন্নুবা, নৈনক্লবা ওইথোক্লবনি অসিগুম্বা মতম অসিদা য়াম্না চাউদবা লামায় ১১১ রোমদং পানবা "ভক্তিগী লম্বী" কোবা লাইরিক অসি য়াম্না মরু ওইখ্রে। লাইরিক অসিনা লমজীং মৈরা ওইহনা মীওইবগী য়াইফনবগীদমক্তা ধর্ম্মগী ওইবা লাইরিক মথং মথং ইবিরক্লবা স্বামীজীদা হায়জবা হৌখি।

স্বামীজীনা ঐখোযগী পুক্নীংগী অপাম্বা থৌবীহনা মণিপুর মাতাগী সেবা ভাবনাদা মীওইবগী য়াইফনবা লাইরিক খরগা ইবিরমগে খনবীহনা মতু ফোঙনবগীদমক্তা সংস্থান অমা লিঙ্খৎলু মমিংনা "জ্ঞান মন্দির" থোল্লু তাকপীরকখি। জ্ঞান মন্দির লিঙ্খৎলে রে ন ৩২ ২ দা মণিপুর সরকারনা রেজিষ্টার তৌবিরে। সংস্থান অসিনা মথং মথং জ্ঞানগী লম্বী", "কর্ম্মগী লম্বী" "শ্রীমদ্ভগবদ গীতা" চেফোঙ মরিরক থোক্লা ফোঙদোকচখি। মতম খরা লৈরগা 'অমৃত বাণী' অহানবা, অনীশুবা চেফোঙ অমসু বেদান্তগী মিথ্যা রাংৈগী অর্থ তাকপা মথং মথং ফোঙজরি।

শ্রীমদ্ভগবদ গীতাগী চেফোঙ মরিরক থোক্লা ফোঙবা অসিগী মতাংদসু অহানবা চেফোঙ অসিদি লোইনা পাঠকশিংনা লৈবীখিহনা অনীশুবা খুৎনমসু নমগ্রবনি। অফোংবা গীতাগী চেফোঙ পুম্নমক লোইশিল্লক্লনা ষ্টোক্তা ইরৈ লৈশিল্লক্লবা মতম অসিদা জ্ঞান মন্দিরগী থবক পুবিরিবা কমিটিগী মেম্বরশিংনা খন্নহনা মীয়ামগী অপাম্বা থুংহনবা ঙম্নবগীদমক্তা অমুক হন্না অপুনবা ভোলুম (সম্পূর্ণ) ওইনা অনীশুব চেফোঙ ফোঙজরি।

শ্রীমৎপরমহংস স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিজীনা শ্রীমদ্ভগবদ গীতাগী সংস্কৃতকী শ্লোকশিংবু মীতৈ লোন্দা অন্বয় ব্যাখ্যা ( অনুবাদ ) অমসুং অথুপ্পা ৱাগা লোয়ননা ইবিরকপা অসি আধ্যাত্মিককী লম্বীদা চঙশিনবা পামজবা সাধকশিংগী য়াম্না পুক্নীং থোগৎনী ঙাই ওইবা মওংদা ইবিরকপ্রে। মীতৈ লোন্দা ইবিরকপা অসিদা মীতৈ জাতি ঐথোয়গী পাজবদা য়াম্না খুদোং চাবা অসিদি ময়েক্লা তাবনি। ইরোন্দা ইবিরকপা অসিগী লোনগী খুদো চাবা ঙাক্লা মভনা মতাং মতাংগী ব্যাখ্যান তৌবা মতমদা সাধারণ মীয়াম্না থিজিল্লুবদা খঙবা ৱাংথোক্লগদবা বেদ, বেদান্ত অমসুং যোগশাস্ত্রনচিংবনা, মতাং চাবদা ভাগবত পুরাণ্না, যুক্ষম ওইহনা ইবিরকই। হৌজিক্কী মতমদা গীতাগী শ্লোকশিংবু তোঙান তোঙানবা লোন্দা হন্দোক্নুনা ব্যাখ্যান তৌহনা লৈনরিবশিংগী মনুংদা তোপ তোপ্পা শক্তম অমা ওইনা ইবিরকই।

অরোইবা ওইনা পজনীংবা ৱাফম থরদি গীতা শাস্ত্রদা হৌজিক্কী মতমদা চৎনরিবা ধর্ম্মশিং অসিগী য়েংথিনবা ৱা অমত্তা য়াওদে অমসুং হায়দে। ধর্ম্ম পুম্নমক্না চৎনবা য়াবা ৱা ঙাক্না খোমজিন্দুনা গীতা শাস্ত্র অসিদা হায়। মরম অসিনা গীতা অসি সম্প্রদায়ীক ওইবা শাস্ত্র নত্তে হায়বদা থোইনা কাযবা লৈতে। হৌজিক্কী মতমদা পৃথিবীদা ঐগী ঐগী ধর্ম্মনা অথোইবনি, অফবনি হায়বা ৱাফম অসিদগী মীওইবা জাতিগী মনুংদা অমগা অমগা য়েংনহনা লৈরিবসি গীতা শাস্ত্রবু নীংথিনা নৈনরবদি কোকখিগনি। মীওইবগী হকচাং ফ লবা মতম অসিদা জীবশিংনা পূর্ন্সিগী খোঙচৎকী অথোইবা পন্থাংক্নম অহুবু ফংননবা গীতা শাস্ত্র অসিবু পাবীয়ু অমসুং নৈনবীয়ু।

হরি ও তৎ সৎ॥

মীয়ামগী সেবাদা
শ্রীইবোম বিজয় সিংহ
ভাইস প্রেসিডেন্ট, জ্ঞান মন্দির,
ইম্ফল।

ইম্ফাল
তাং ৮।৬।৯৩ ইং

# শ্রীমদ্ভগবদ গীতা

মীতৈলোন্দা অন্বয় ব্যাখ্যা অমসুং অথুপ্পা বাগা কোন্নবা
ইবিরকপা শ্রীমৎপরমহংস স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরি।

হন্দক্কী অসিনা স্বামীজীগী ইবিরকপা গীতাগী, জ্ঞান মন্দিরনা ফোঙবা অনীশুবা চেফোঙনি। অহানবা চেফোঙগী মতাংদদি গীতা অসি মরিরক থোক্লা ফোঙখি অনীশুবা অসিদদি চেফোঙ মরিমক ভোলুম অমত্তদা সম্পুর্ণ ওইনা ফোঙজরি। স্বামীজীনা মীওইবগী য়াইফনবগীদমক্তা পোক্লকম লমদম মণিপুর মাতাগী সেবা ওইনা পাযখৎপীরম্বা মমল নাইদ্রবা থৌরম অসিবু জ্ঞান মন্দিরনা মতম পুম্নমক্তা ইকাই খুম্নবা খুরুমজত্তুনা লৈজরি।

অনীশুবা চেফোঙ অসি ফোঙবদা মণিপুর সরকারগী Directorate of Education না শেলগী তেংবাঙ লুপা পীবিরকখি। জ্ঞান মন্দিরগী থবক পুবিরিবা কমিটি মেম্বরশিংগী মনুংদগী শ্রীলোংজম কুলবিধু সিংহনা অচৌবা চেগী দায়ী লৌবিখি শ্রীহাওবম বারুনী সিংহসু শেলগী মতেং পীবিখি অমসুং অতৈ মেম্বরশিং শ্রীক্ষেত্রিমযুম ধনঞ্জয় সিংহ শ্রীখুন্দ্রাকপম ছত্রাজিৎ সিংহ শ্রীতখেল্লম্বম অচৌবী সিংহ, শ্রীওইনাম ইবোতোন সিংহ অমসুং শ্রীবাচস্পতিময়ুম রাজবাপু শর্মা নচিংবনসু শেলগী মতেং পীবিখি। শ্রীমোংথৈকাপ্পম যহু সিংহ (কো মেম্বর) নসু থবক অসি পাঙথোক্লবা হোৎনবদা মতম মতমগী অরাং অপা পুম্নমক দায়ী ওইবীদুনা অকনবা থোদাং লৌবিখি। শ্রীইরোম বিজয় সিংহ (কো মেম্বর) নসু প্রেসকী প্রুভ লৌবগী থবক থরায় য়াওনা পলহন্দনা তৌবিখি। জ্ঞান মন্দিরনা সহযোগ তৌবিরকপা পুম্নমকপু হন্না হন্না ধন্যবাদ তৌজরি।

অরোইবদা লাইরিক অসি ফোঙনবা হোৎনবদা মণিপুর গীতা প্রেসকী স্টাফনা থরায় য়াওনা হোৎনবীখিবগীদমক্তসু থাগৎচরি অমসুং তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

প্রেসিডেন্ট—
ডা হাওবম বারুনী সিংহ
জ্ঞান মন্দির, ইম্ফাল, মণিপুর।

## জ্ঞান মন্দির

### C/o মণিপুর গীতা মণ্ডল

পাউনা বাজার ইম্ফাল মণিপুর।

চংলিবা চহী অসিগী থবক পুবিগদবা কমিটি মেম্বরশিংগী মি —

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | শ্রীখাওবম বারুণী সিংহ | — | প্রেসিডেন্ট |
| ২। | শ্রীইরোম বিজয় সিংহ | — | ভাইস প্রেসিডেন্ট |
| ৩। | শ্রীনোংমৈকাপ্পম যদু সিংহ | — | ট্রেজরর |
| ৪। | শ্রীথৌনাওজম বিমোলচান্দ সিংহ | — | সেক্রেটরী |
| ৫। | শ্রীঅধিকারীময়ুম জিতেশ্বর শর্ম্মা | — | মেম্বর |
| ৬। | শ্রীওইনাম মঙ্গী সিংহ | — | " |
| ৭। | শ্রীনিংথৌজম মোদীযাচান্দ সিংহ | — | |
| ৮। | শ্রীসলাম ইবোহল সিংহ | — | |
| ৯। | শ্রীলোংজম কুলবিধু সিংহ | — | |
| ১০। | শ্রীসোরাইসম কালা সিংহ | — | |
| ১১। | শ্রীলোক্রাকপম নোদীযা সিংহ | — | |
| ১২। | শ্রীপুখম্বম ইবোপীশক সিংহ | — | |
| ১৩। | শ্রীলিকমাবম রামেশ্বর সিংহ | — | |
| ১৪। | শ্রীচংথাম নিংথেমজাও সিংহ | — | |

শ্রীলাইশ্রম ৺নীলচান্দ সিংহ কাউণ্ডর মেম্বর ওইবিরমদা শৌক্তিক মশা লৈদিরে। উক্ত ভদ্রলোকনা হিংলিঙৈগী মতমদা স্বামীজীনা ইবিরকপা লাইব্রেরি পুম্নমক প্রেসমেমশিংনা পাবদা লায়না থোকবা অমসুং কম্পোজ তৌবদা খুদোংচাবনা য়াম্না ফজনা হংথোকপীখি। লাইব্রেরি পুম্নমক অসি মহাকদা অঙাংনবগী তাঙ্ক্রা প্রুফ নৌবর্মচংবা থবক তৌবিরমই। মতো অসুম্না জ্ঞান মন্দিরগী থৌরম খুদি মক্তা তেঙাং পীবিরমই। অসিগুম্না মেম্বর অমা পর নাক গত ফাখিবাস জ্ঞান মন্দিরগী অচোবা অমাঙবা অমনি। পরমেশ্বরগী চরাদা চঙজরগা সংসার থাদোকখ্রবা জীবা মাবু মতমপুম্নমক্তা ওইনা শান্তি পীবিনবা প্রার্থনা তৌজরি।

তাং ৩।৫।৭৩ ইং

জ্ঞান মন্দির
মণিপুর, ইম্ফাল।



68 GEETA UPDESH



### শ্রীমদ্ভগবদ গীতাগী মরমদা

## ৱা অনী-মবিদং

একং শাস্ত্রং দেবকীপুত্রগীত
মেকো দেবো দেবকী পুত্র এব।
একো মন্ত্রস্তস্য নামানি যানি
কর্ম্মাপ্যেকং তস্য দেবস্য সেবা॥

"সংসার অসিগী মনু দা শাস্ত্র অমত্ত দা লৈ মহুদি দেবকীগী মচানা (শ্রীকৃষ্ণনা) শকপা ঈশৈনি গীতানি), লাইস্নু অমত্তদনি মহাকস্নু দেবকীগী মচামক্তি (শ্রীকৃষ্ণমক্তি অ তাপ্পা অমা নত্তে), মন্ত্রস্নু অমথক্তনি, মহুদি মহাক্কী (দেবকী মচামক্কী) মমি শিং নি অহুগা কর্ম্মস্নু থববস্নু অমথক্তনি মহুদি দেব অহুগী (শ্রীকৃষ্ণহুগী) সেবা তৌজবনি।

শ্রীমদ্ভগবদ্গীতা শ্লোক চাত্তরেৎকী য়াম্না পীকপা লাইরিক অমনি। মওঙদা অপীকপা লাইবিক মচা অমা ওইরবস্নু মতীক মগুণদা মসিগা মান্নবা লাইরিক অমা তাইবঙসিদা (সংসারসিদা) লৈতে। সি মী ওইনা পোকপা জীবশিংগীদমক কল্প বৃক্ষনি। মী খুদিংমক্না গীতা অসিদগী মা-মানা পাম্বা পাং অমস্নুং হীরম ফংবা ঙম্মি। মরম অসিনা পৃথিবা অসিদা লৈবাকমচা তাবনি হায়না লৈবিবা দশ অমস্নু জাতিশিংনা মখোয় মখোয়না লোল্লিবা মরোল অহুদা গীতাসিবু হন্দোক্তুনা মসিগী থুপ্পা ৱা-শিংগী মরমদা মতম পুম্নমক্তা নৈনহুনা লৈ অমস্নু নৈনরগা মখোয়না গীতাদগী ফংলিবা পোং মস্নুং হীরম অহুনা পুক্তি মহৈ য়াম্লে হায়হুনা পেন্দুনা লৈ। গীতাসিদা গৌক্তিকী মতমদা চংনরিবা মশিং অসিগী য়েংথিনবা ৱা অমত্ত য়াওদে অমস্নুং হায়দে। ধর্ম্ম পুম্নমকপু খোমজিন্দুনা মঙোম্না লগা পুম্নমক্না লৌবা য়াবা ৱা ওাক্তা মসিদা হায়। মরম অসিনা গীতাসিবু বিশ্ব ধর্ম্মগী ধর্ম্মগ্রন্থ না লৌবদা থোইদুনা কায়কম থোক্তে হায়বসিবু মীচঙ-মীথায় নাইদবা মীৎয়েংনা য়েংদুনা বিচার বা মী শিংনা য়ানরিবনি। মসিগী মতীক মগুণবু থাগত্তুনা শ্রীভগবান্ মশামক্না হায়রি—

গীতা মে হৃদযং পার্থ গীতা মে সারমুত্তমম্।
গীতা মে জ্ঞানমত্যুগ্রং গীতা মে জ্ঞানমব্যযম্।
গীতা মে পরম বিদ্যা ব্রহ্মরূপা ন সংশয॥

( বৈষ্ণবীয়তন্ত্রসারে গীতামহাত্ম্যম— ৪৪, ৪৭ )

হে অর্জ্জুন। গীতা অসি কৃষ্ণ ঐগী হৃদযনী গীতাসি ঐগী খ্বায়দগী অথোইবা মচীনি, গীতাসি ঐগী অনকপা লৈত্রবা জ্ঞান-নী, গীতা ঐগী অমাঙ-অতা লৈতবা জ্ঞান-নী গীতাসি ঐগী ব্রহ্মগী মশক ওইবী অথোইবী বিদ্যানী, মসিদা কবিমত্ত চিংনফম লৈতে।”

মতৌ অমুন্না মসিগী মতীক মওং য়াম্না লৈবা অসিংগী মীনা “গীতা হায়বা মিংদগী শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতাদবু খঙনৈ, অতোপ-অতোপ্পা চামারোমদগী হেন্না লেবিবা রামগীতা, অবধূতগীতা পরাশরগীতা, অনুগীতা শিবগীতা অসিনচিংবশি সিবুদি খঙনদে। শ্রীমদ্ভগবদ গীতাগী মতীক কয়ামুক চাউই হায়বসিবু খঙহন্নবগীদমক অধ্যায খুদিংগী অরোইবদা মসিগী মমিং ওইনা উপনিষৎ, ব্রহ্মবিদ্যা যোগশাস্ত্র অমসুং শ্রীকৃষ্ণার্জ্জুন সংবাদ হাযনসু কৌরি। উপনিষৎকী অর্থদি— উপ = পরমাত্মাগী মনাক্তা নি = চিংনবা লৈতনা ষৎ = য়ৌনবা জ্ঞান। অসিগুম্বা জ্ঞানসিবু ফংনবা হোৎনবদা সাধন ওইবা মরমদগী লাইরিকপুসু উপনিষৎ কৌবনি। গীতা অসি ব্রহ্মবু ফংনবা বিদ্যানী অদুগা মসি যোগশাস্ত্রসুনি। মসিদা অধ্যায় খুদিংদা অমমম ওইনা যোগ ১৮ তাক্লি অমসু মবক মবক্তা যোগ কযামুকপুসু তাক্লি। অদুগা মসিগী মমিং “শ্রীকৃষ্ণার্জ্জুন সংবাদ’ হায়বসিদগীসু মতীক যাম্না লৈ হায়বসিবুসু ঐখোয়না নীংথিনা খঙবা ঙম্মি। গীতাগী উপদেশ পীরিবা শ্রীকৃষ্ণ সাক্ষাৎ নারাযণগী অবতারবনি, অদুগা উপদেশ লৌরিবা অর্জ্জুন সাক্ষাৎ নরগী অবতারবনি। মখোয অনীমক অচম্ব অমত্ত নত্তে। মরম অসিনা মখোয় অনীনা ঙাওনরিবা রা অদু শোযদনা জীব পুম্নমক্কী যাইফনবা ওইগনি হায়বসিবু ঐখোযনা নীংথিনা লেপ্পা ঙম্মি।

গীতাগী শ্লোক খুদিংমকপু যাম্না নৈনন পারা ঙম্নবদি ঐখোযগী পুন্সী সি যাম্না চাংখৎলা ঙম্লক্কনি। মরম অসিনা যুম খুদিংমক্তা গীতাবু পারা, নেংনা অমসুং নৈনবসি শোয়দনা তৌদুনা লৈগদবনি। মদুদগী ঐখোয়না আধ্যাত্মিক শক্তি ফংনা যাম্না কন্না লৈবা ঙমগনি মসিদা নত্তনা ব্যবহার অমসুং রাজনীতিদসু চাওখৎপা ফংগনি। “নথৌ তৌবদা লাযথোক্কনু’ হাযবসি গীতা অথোইবা উপদেশনি (পাউতাক্নি)। মসিদা নত্তনা য়াম্না থুপ্পা তত্ত্ব অমগী মরমদসু তানা উপদেশ পীরি। তত্ত্বংবু খঙলবদি ঐখোযনা অরাবগী মশক ওইবা পোকপা শিবা নাহবা সংসারসিদা অমুক হন্না হল্লকলরোই। মরমদি— তত্ত্ব অদু নত্তবা অতোপ্পা পোং সংসারসিদা লৈতে অমসুং জীবগীদমক মদুদা থোইদোকপা মুংঙাইবা অমসু লৈতে। গীতানা তাক্লি—তত্ত্ব অদু ফংনবা হোৎনবদা কর্ম্ম ভক্তি অমসু জ্ঞান সাধন অহুম অসি চঙই, সাধন অহুম অসিনা মরম ওইদুনা তত্ত্ব অদুবু ফংলবদি পুন্সি মহৈ য়াগনি। মরম অসিনা গীতাবু তম্বা, তারা, নৈনবা অসিনচিংবা পুম্নমক অসিবু মী খুদিংমক্না তাগী মংগী বুদ্ধিগী ঙমজবা মতুং ইন্না চাং নাইনা

তৌহুনা লৈগদবনি। অহুগা শ্রদ্ধাগা লোযননা অঙম্বা থরদং হুমিৎ খুদিগী পাঠ তৌবসিস্থ যাম্না কান্নগনি অমস্থং মহুদগী পুক্নীং শেংদোকখিহুনা পরমতত্ত্ববু খঙনবা মতীক ক লকনি। মরম অসিনা অস্মন্না হাযরি।

দেবকীনন্দন. কৃষ্ণো গীতা পাঠেন তুষ্যতি।
যথা ন বেদৈর্দানেন যজ্ঞতীর্থব্রতাদিভিঃ ॥ ২১ ॥
গীতাপাঠঞ্চ শ্রবণ্ যঃ করোতি দিনে দিনে।
ক্রতবো বাজিমেধাদ্যাঃ কৃতাস্তেন সদক্ষিণাঃ ॥ ২৩ ॥

( বৈষ্ণবীয়তন্ত্রসারে গীতা মহাত্ম্যম )

"দেবকীবু ৺ ঙাইবা পীনবিরিবা শ্রীকৃষ্ণনা গীতা পাঠ তৌবদগী যাম্না পেনবি। বেদপাঠ, দান, যজ্ঞ তীর্থযাত্রা ব্রতনচিংবা তৌবদগীদি অহুক হাক্না পেনবিদে। হুমিৎ খুদিংগী গীতাপাঠ অমস্থং গীতাবু তাদূনা লৈবা মী অহুনা অশ্বমেধনচিংবা যজ্ঞশিংবু দক্ষিণাগা লোযননা তৌরে হায়বসি খঙগদবনি।" মরম অসিনা মসিগী ( গীতাসিগী পাঠ করম্না তৌবা হৌনৈ হায়বসিবুস্থ খঙবনা চুম্মি।

হকচাং শেংদোক্লগা অশেংবা ফি শেত্তুনা পুক্নীং মুংঙাইনা ফম্নগা অহানবদা খুৎ শেংদোক্তুনা— "ওঁ কেশবায নমঃ ওঁ মাধবায নমঃ ওঁ গোবিন্দায নমঃ —মন্ত্র অহুমসি অমমম শোন্দূনা আচমন অহুমল্লক তৌগদবনি। মহুগী মতুংদা অমুক হন্না খুৎ শেংদোক্লগা করন্যাসনচিংবা তৌগদবনি। করন্যাস তৌবসি খুৎকী খুৎচা খুবাক অমস্থং খুৎথক্তা মন্ত্রশিংবু থম্বনি। মতৌ অহুম্না হৃদযন্যাস তৌবসিস্থ হৃদয়নচিংবা কাযাৎশিংদা মন্ত্রশিংবু স্থাপনা তৌবনি ( থম্বনি )। মন্ত্রশিংবু চেতন ( অচঙবা ) অমস্থং মূর্ত্তি ( মওঙ ) লৈবনি খল্লগা কায়াৎশিংদুগী মমি লৌরগা মখোযশিংদুনা মন্ত্রগী শরূক ওহবা দেবতাশিংবু শোকপা অমস্থং থুরুমজবনি। অস্মন্না তৌরবদি পাঠ অমস্থং জপ তৌবিবা মী অহু মশামক মন্ত্রগী মশক ওই অমস্থং মাবু মন্ত্রগী দেবতাশিং অহুনা ঙাকপি-শেনবি। মীহুগী মুং পান অনীমক্তা অশেংবা ওই মহুদগী লাইগী শক্তি লাক্তুনা মানা তৌরিবা পাঠ অমস্থং জপ অহুদা য়েংখায়থনগাইবা লাক্কে অহুগা যাম্না কান্নবস্থ ওই।

ওঁ অস্য শ্রীমদ্ভগবদ্গীতা মালামন্ত্রস্য ভগবান বেদব্যাস ঋষিঃ ( গীতাবু লেংবা ঋষি বেদব্যাসনি ) অনুষ্টুপ ছন্দঃ ( গীতাগী ছন্দ শৈরেং-অনুষ্টুপ নি )। শ্রীকৃষ্ণঃ পরমাত্মা দেবতা ( পরমাত্মা শ্রীকৃষ্ণ গীতাগী দেবতানি ) "অশোচ্যানন্বশোচস্ত্বং প্রজ্ঞাবাদাংশ্চ ভাষসে" (২/১১) ইতি বীজম ( গীতাগী মরূনি )। "সর্ব্বধর্ম্মান্ পরিত্যজ্য মামেকং শরণং ব্রজ" (১৮/৬৬) ইতি শক্তিঃ ( মসি গীতাগী শক্তিনি )। "অহং ত্বা সর্ব্বপাপেভ্যো মোক্ষযিষ্যামি মা শুচঃ" ( ১৮/৬৬ ) ইতি কীলকম্ ( তাইশিন্দূনা থম্নবা য়োংপীগী— কবচগী মশক্তি )। "নৈনং ছিন্দন্তি শস্ত্রাণি নৈনং দহতি পাবকঃ" ( ২/২৩ ) ইত্যঙ্গুষ্ঠাভ্যাং নমঃ ( মন্ত্রসি শোন্দূনা খুৎ অনীগী

খূদোনবী অমীনা খূৎপী অনীবু শোক্কদবনি )। "ন চৈনং ক্লেদয়ন্ত্যাপো ন শোষযতি মারুতঃ" (২/২৩) ইতি তর্জ্জনীভ্যা নম ( মসি হাযত্থনা খূৎপী অনীনা খূদোম্বী অনীবু শোক্কদবনি )। "অচ্ছেদ্যোঽযমদাহ্যোঽযমক্লেদ্যোঽশোষ্য এব চ" (২/২৪) ইতি মধ্যমাভ্যাং নম ( মসি শোন্দুনা খূৎপী অনীনা খূৎয়ায় অনীবু শোক্কদবনি )। "নিত্যঃ সর্ব্বগতঃ স্থাণুরচলোঽযং সনাতনঃ (২/২৪) ইত্যনামিকাভ্যাং নম (মসি হায়ত্থনা খূৎপী অনীনা খূনিংথৌ অনীবু শোক্কদবনি)। "পশ্য মে পার্থ রূপাণি শতশোঽথ সহস্রশঃ" (১১/৫) ইতি কনিষ্ঠিকাভ্যাং নমঃ ( মসি হায়ত্থনা খূৎপী অনীনা খূনাওবী অনীবু শোক্কদবনি )। "নানাবিধানি দিব্যানি নানাবর্ণাকৃতীনি চ" (১১/৫) ইতি করতল করপৃষ্ঠাভ্যাং নম ( খূৎ অনীগী খূবাক অমস্তুং খূনম অনীবু অমনা অমগীবু শোক্কদবনি )। মসিগী মতুংদা হৃদয়নচিংবগী ন্যাস তৌগদবনি মসিদা য়েৎথ বা খূৎকী খূৎশাশিংনা হৃদয়নচিংবা কায়াংশিংবু শোক্কদবনি—"নৈনং ছিন্দন্তি শস্ত্রাণি নৈনং দহতি পাবকঃ" (২/২৩) ইতি হৃদয়ায় নম ( মসি হায়ত্থনা য়েৎথ বা খূৎকী খূৎচাশিংনা হৃদযবু শোক্কদবনি )। "ন চৈনং ক্লেদয়ন্ত্যাপো ন শোষযাত মারুত" (২/২৩) ইতি শিরসে স্বাহা ( মসি হায়ত্থনা কোক শোক্কদবনি ) "অচ্ছেদ্যোঽযমদাহ্যোঽযমক্লেদ্যোঽশোষ্য এব চ" (২/২৪) ইতি শিখায়ৈ বষট্—( মসি হাযত্থনা শিখা শোক্কদবনি )। "নিত্য সর্ব্বগত স্থাণুরচলোঽযং সনাতন" (২/২৪) ইতি কবচায় হুম ( মসি হাযত্থনা য়েৎথ বা খূৎকী খূৎচাশিংনা ওয়থংবা লেংবান অমস্থু ওযথংবা খূৎচাশিংনা য়েৎথ বা লে বানবু মতম অমত্তদা শোক্কদবনি )। "পশ্য মে পার্থ রূপাণি শতশোঽথ সহস্রশ (১১/৫)—ইতি নেত্রত্রয়ায় বৌষট ( মসি হাযত্থনা খূৎ য়েৎকী খূৎচাশিংনা মীৎ অনী অমস্তুং লাংবক মযায়বু শোক্কদবনি )। "নানাবিধানি দিব্যানি নানা বর্ণাকৃতীনি চ" (১১/৫) ইতি অস্ত্রায় ফট ( মসি শোন্দুনা য়েৎথংবা খূৎপু কোক্কী মথক্তা ওয়বোমদগী কোয়দুনা য়েৎলোমদা পুরক্কদবনি অদুগা মতুংমক্তদা ( হেক লোইবদবা ) খূদোনবা অমস্থু খূৎয়ায় অনী ওযথংবা খূবাক্তা যৈগদবনি )। "শ্রীকৃষ্ণপ্রীত্যর্থে পাঠে বিনিযোগ" ( মসি শ্রীকৃষ্ণগী পেম্নবা গীতাপাঠ তৌবদা শীজিন্নগদবনি )।

মসিগী মতুংদা গীতা বেদব্যাস অমস্তুং শ্রীকৃষ্ণবু অস্থুম্না হায়ত্থনা ৭ক্লীংদা থুকমজগদবনি—

ওঁ পার্থায প্রতিবোধিতাং ভগবতা নারাযণেন স্বযং ব্যাসেন গ্রথিতাং পুরাণ মুনিনা মধ্যে মহাভারতম্। অদ্বৈতামৃতবর্ষিণীং ভগবতীমষ্টাদশাধ্যাযিনীমম্ব ত্বামনু সংদধামি ভগবদ্গীতে ভবদ্বেষিণীম ॥ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা —অম্ব ভগবদ্গীতে = হে ইমা ভগবদ্গীতা। ত্বা অনুস দধামি = ঐ নহাকপু নৈনজগে ( নহাক্কী মনুংদা লেবা অথুপ্পা তত্ত্ববু খঙনবা হোৎনজগে , অদুগা নহাকসিদি—ভগবতা নারায়ণেন স্বয়ং = শ্রীভগবান নারায়ণ ( শ্রীকৃষ্ণ ) মশামক্না, পার্থায় = পৃথাগী মচা অর্জুনবু

প্রতিবোধিতাং = তাকুনা খগুহনখিবনি, পুরাণমুনিনা ব্যাসেন = পুরাণশিংবু লেংবা মুনি বেদব্যাসনা, মধ্যে-মহাভারতং = মহাভারতকী মনুংদা, গ্রথিতাং = লেংখিবনি, অদ্বৈতামৃতবর্ষিণীং = অনীগুবা লৈতবা পরম ব্রহ্মগী মশক ওইবা অমৃতবু চুমহনবীবনি, অষ্টাদশাধ্যায়িনীং ভগবতীং = অধ্যায় ১৮ না তিনবী অমসুং ঐশ্চর্য্য পুম্মনৱা থম্না লৈবী নহাক্নি, অম্বগা—ভবদ্বেষিণীং = সংসারগী য়েন্নবীনি ॥ ১ ॥

নমোঽস্তু তে ব্যাস বিশালবুদ্ধে
ফুল্লারবিন্দাযত পত্র নেত্র।
যেন ত্বয়া ভারততৈলপূর্ণ.
প্রজ্বালিতো জ্ঞানময়ঃ প্রদীপঃ ॥ ২ ॥

অন্বয ব্যাখ্যা :—ফুল্লারবিন্দায়তপত্রনেত্র = নীংথিনা শাংকাইরবা থম্বালগী অগাকপা মনাগী মতোওম্বা মীৎনা নওগী ওইবা, বিশালবুদ্ধে = য়াম্না লৌশিংশিংবা ব্যাস = হে ব্যাসদেব, তে নমঃ অস্তু = নহাকপু খুরুমজরি, যেন ত্বয়া = নহাক অসিনা, ভারত তৈলপূর্ণ = ভারতকী মশক ওইবা থাউনা থম্না লৈবা, জ্ঞানময় প্রদীপং = জ্ঞানগী মশক ওইবা থাউমৈবু প্রজ্বালিত = থানগৎলে ॥ ২ ॥

প্রপন্নপারিজাতায তোত্রবেত্রৈকপাণযে।
জ্ঞানমুদ্রায কৃষ্ণায গীতামৃতদুহে নমঃ ॥ ৩ ॥

অন্বয ব্যাখ্যা :—প্রপন্নপারিজাতায় = স্বর্গগী পারিজাৎ কৌবা লৈবু খেৎলিবা ( চিন্নিবা ), তোত্রবেত্রৈকপাণয়ে = খুত্তা চুপ্পী শাজৈ পায়রিবা, জ্ঞানমুদ্রায় = জ্ঞানমুদ্রা তৌদুনা ফম্লিবা, গীতামৃত-দুহে = গীতাগী মশক ওইবা অমৃতবু শুন্নিবা, কৃষ্ণায় নম = শ্রীকৃষ্ণবু খুরুমজৈ ॥ ৩ ॥

বসুদেবসুতং দেবং কংসচাণূরমর্দ্দনম ।
দেবকী পরমানন্দং কৃষ্ণং বন্দে জগদ গুরুম্ ॥ ৪ ॥

অন্বয ব্যাখ্যা :—বসুদেবসুতং = বসুদেবগী মচা, কংসচাণূরমর্দ্দনং = কংস অমসুং চাণূরবু নৈথৎপা, দেবকী পরমানন্দং = দেবকীগী অথোইবা নুংঙাইবা ওইরিবা জগদ্গুরুং = তাইবঙ পুম্বগী গুরু ওইবা, কৃষ্ণং দেবং বন্দে = শ্রীকৃষ্ণদেববু খুরুমজরি ॥ ৪ ॥

ভীষ্মদ্রোণতটা জযদ্রথজলা গান্ধারনীলোৎপলা।
শল্যগ্রাহবতী কৃপেণ বহণী কর্ণেন বলাকুলা ॥ ৪ ॥
অশ্বত্থামবিকর্ণঘোরমকরা দুর্য্যোধনাবর্ত্তিনী।
সোত্তীর্ণা খলু পাণ্ডবৈ রণনদী কৈবর্ত্তকঃ কেশব. ॥ ৫ ॥

অন্বয ব্যাখ্যা :—পাণ্ডবৈ = যুধিষ্ঠিরনচিংবা পাণ্ডুগী মচাশিংনা, সা রণনদী—লালগী মশক ওইবা তুরেল অদুবু, খলু উত্তীর্ণা = লেপ্পদক লাম্বোকখি, ভীষ্মদ্রোণতটা = লালগী মশক ওইবা তুরেল অদুগী

মপাল অনীদি ভীষ্ম অমসুং দ্রোণ নী, জয়দ্রথজলা=মহুদা জয়দ্রথগী মশক ওইবা ঈশিংনি, গন্ধার নীলোৎপলা=গন্ধার দেশকী শকুনি অসংবা থম্বালগী মশক্নি শৈল্যগ্রাহবতী=শৈল্যগী মশক ওইবা ঙা কোরিয়ান লৈরিবনি, কৃপেণ বহনী=কৃপাচার্য্যনা মরম ওইহুনা মপাল অনীমক্তা ঈথক হৌবিবনি, অশ্বত্থামবিকর্ণঘোরমকবা=অশ্বথমা অমসুং বিকর্ণ অনীসি অকিবগী মশক ওইবা কুম্ভির ওইনা মহুদা লৈরিবনি দুর্য্যোধনাবর্ত্তিনী=দুর্য্যোধনগী মশক ওইবা ঈরৈ হৌরিবনি, অহুগা মহু লাম্বোকপদা—কেশব কৈবর্ত্তক =ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ হিহোনবা মীনি ॥ ৫ ॥

পাবাশয্যবচ. সবোজমমলং গীতার্থগন্ধোৎকটং
নানাখ্যানককেসব. হরিকথা সম্বোধনাবোধিতম ।
লোকে সজ্জনষট পদৈবহবহ পেপীয়মানং মুদা
ভুয়াদ্ভাবত পঙ্কজ. কলিমলপ্রধ্বংসি ন শ্রেয়সে ॥ ৬ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ।—কলিমলপ্রধ্বংসি=কলিগী মতমদা পাপকী মশক ওইবা অমোংপবু মাঙহল্লিবা ভারতপঙ্কজং=মহাভারতকী মশক ওইবা থম্বাল, ন শ্রেয়সে ভূয়াৎ=ঐখোয় পুম্নমকী য়াইফনবা ওইসনু, অহুগা মহাভারত অহুদি—পারাশর্য্যবচ সবোজং অমলং=পবাশর ঋষিগী মচা বেদব্যাসকী বাহৈশিংগী মশক ওইবা অমকপা লৈত্রবা থম্বালনি, গীতার্থগন্ধোৎকটং=গীতাগী অর্থগী মশক ওইবা য়াম্না মুংশিবা মনম লৈরিবনি, নানাখ্যানক কেসবং=মখল-মখা অয়াম্বা ৱারীশিং মহুদা লৈরিক ওইনা লৈরিবনি, হবিকথাসংবোধনা বোধিতং=শ্রীহরিগী কথানা ( ৱারী ৱাত্তায়না ) হৌদোকুনা হৌগৎলিবনি ( শাৎলিবনি ), লোকে=সংসারসিদা, সজ্জনষট্পদৈ =অকবা মীংশিংগী মশক ওইবা খোইমুশিংনা, অহরহ =অহিং মুংথিল নাইদনা, মুদা পেপীয়মানং=মুংঙাইনা অমসুং তত্তনা থকুনা লৈরিবনি ॥ ৬ ॥

মুকং করোতি বাচালং পঙ্গুং লঙ্ঘয়তে গিবিম ।
যৎকৃপা তমহং বন্দে পবমানন্দমাধবম ॥ ৭ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা :—যৎকৃপা=ইবু ঙো মাগী কৃপা, মূকং বাচালং করোতি=লোল থোক্তবা মীবু নীংথিনা ৱা ঙাঙবা ঙমহল্লী, পঙ্গুং=খোঙতেকপা মীবু, গিরিং লংঘয়তে=অচৌ অ'চৌবা চীংবু লালহনবা ঙমহল্লী, তং পরমানন্দ মাধবম্=অসিগুম্বা খ্বায়দগী খোইমা মুংঙাইবগী মশক ওইবা মাধব শ্রীকৃষ্ণবু, অহং বন্দে=ঐনা খুরুমজরি ॥ ৭ ॥

মসিগী মতু দা অমুম্না হায়হুনা শ্রীবিষ্ণুগী মশক ওইবা কৃষ্ণ ভগবান্‌গী ধ্যান তৌগদবনি—

অথ ধ্যানম্

শান্তাকাবং ভুজগশয়নং পদ্মনাভং সুবেশং
বিশ্বাধাবং গগনসদৃশং মেঘবর্ণং শুভাঙ্গম ।
লক্ষ্মীকান্তং কমলনয়নং যোগিভির্ধ্যান গম্যং
বন্দে বিষ্ণুং ভবভয়হবং সর্ব্বলোকৈক নাথম ॥ ১ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা :**—ভবভয়হরং = সংসারগী অকিববু মাওহনবীবা, সর্বলোকৈকনাথং বিষ্ণুং = লোক পুম্নমক্কী অমত্ত ওইবা মপু শ্রীবিষ্ণুবু, বন্দে = খুরুমজৈ, বিষ্ণু মহাক অহুদি শান্তাকারং য়াম্না তপ্পা, ঈংবা মওঙনি, ভুজগশয়নং = জলপ্রলয়গী মতমদা ঈশিংগী মথক্তা অনন্ত কৌবা লিনগী শয্যাদা হীপুনা লৈবনি, পদ্মনাভং = মাগী খোয়দোদগী থম্বাল হৌবনি, সুরেশং = লাই পুম্নমক্কীসু মপুনি, বিশ্বাধারং = তাইবঙ পুম্নমক্কী তুংনফম্নি, গগনসদৃশং = অতিয়াগী মতৌগুম্না শিম্ন থুংনা লৈবনি, মেঘবর্ণং = হৌগংলকপা নোংগী মচুগুম্বনি, শুভাঙ্গং = য়াম্না নীংথিজবা হকচাংগী কায়াংশিংনা মাগী ওইবনি, লক্ষ্মীকান্তং = লক্ষ্মী দেবীগী চান্নথোইবনি, কমলনয়নং = থম্বালগী মতৌগুম্বা মীৎনা মাগী ওইবনি, যোগিভি ধ্যানগম্যং = অহুগা মহাক যোগীশিংনা ধ্যান তৌহুনা খঙবা ঙম্বনি ॥ ১ ॥

যং ব্রহ্মা বরুণেন্দ্ররুদ্রমরুতঃ স্তুন্বন্তি দিব্যৈঃ স্তবৈ-  
র্বেদৈঃ সাঙ্গপদক্রমোপনিষদৈর্গায়ন্তিযং সামগাঃ।  
ধ্যানাবস্থিততদ্গতেন মনসা পশ্যন্তি যং যোগিনো  
যস্যান্তং ন বিদুঃ সুরাসুরগণা দেবায তস্মৈ নমঃ ॥ ২ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা :**—যস্য অন্তং = ইবু ঙো মহাক অহুগী ঙমখৈবু, সুরাসুরগণা = লাইংহি চাবনচিংবা জীব পুম্নমক্না, ন বিদু = খঙবা ঙমদে, তস্মৈ দেবায নম = অহুগুম্বা দেব ( লাই ) অহুগীদমক ঐনা খুরুমজবা তৌজরি, যং = মহাক অহুবু, ব্রহ্মা বরুণেন্দ্র রুদ্র মরুত = ব্রহ্মা, বরুণ, ইন্দ্র, রুদ্র, মরুৎ ( নুংশিৎ ) অসিনচিংবা লাইশিংনা, দিব্যৈঃ স্তবৈ = অমরুপা লৈত্রবা স্তোত্রশিং থীদুনা ( শোন্দুনা ), স্তুন্বন্তি = স্তুতি তৌহুনা লৈ, সামগা = সামবেদবু ঈশৈ ওইনা শরুপা উদগাতাশিংনা, সাঙ্গপদক্রমোপনিষদৈ = নিরুক্তনচিংবা বেদগী অঙ্গ (কায়াৎ) তরুক, পঠ পাঠ, ক্রমপাঠ অমসুং উপনিষৎশিংগা লোয়নবা, বেদৈ = বেদশিংনা মরম ওইহুনা, যং গাযন্তি = মাবু শকই যোগিন = যোগীশিংনসু ধ্যানাবস্থিততদ্গতেন মনসা—ধ্যান তৌহুনা লৈবদগী মঙোন্দা চঙশিন্দুনা লৈবা মননা ( পুক্নীংনা ) যং পশ্যন্তি = মাবু শংশঙনা উই ॥ ২ ॥

মসি পুম্নমকসি তৌরবা তুংদা গীতাপাঠ তৌগদবনি। অহুবু গীতাপাঠবুদি তৌনীংবা অমসুং মথক্কী নিয়মশি সিবু ঙাকপদা খুদোং চাদনা থোকপা মীনা নিষ্কামভাব তৌহুনা ঈশ্বরগী পেন্নবা পাঠনি লেপ্পুনা সুপ্ন ( মথক্কী নিয়মশিং য়াওদনা ) পাঠ তৌগদবনি। মহুদা ভাবনাগী মতুং ইন্না কবিগুম্বা দোষ অমত্ত ওইরোই। পাঠ অহুদসু লোইনমক তৌবা ঙমদ্রবদি অঙম্বা মথৈ তৌবগা মতুংগী মুমিত্তা লেমহৌবা অহুদগী হৌহুনা পাঠ তৌগদবনি। মতৌ অসুম্না অধ্যায় ১৮ লোইববদা অরোইবা মুমিৎ অহুদা গীতামহাত্ম্যগী পাঠ শোয়দনা তৌগদবনি। মসি গীতাপাঠ তৌবগী শপ্পা নিয়মনি।

# অথ শ্রীগীতা মাহাত্ম্যম

ধরোবাচ

ভগবন্ পরমেশান ভক্তিরব্যভিচারিণী
প্রারব্ধং ভুজ্যমানস্য কথং ভবতি হে প্রভো ॥ ১ ॥

বিষ্ণুরুবাচ

প্রারব্ধং ভুজ্যমানো হি গীতাভ্যাসরতঃ সদা।
স মুক্তঃ স সুখী লোকে কর্ম্মণা নোপলিপ্যতে ॥ ২ ॥
মহাপাপাদিপাপানি গীতাধ্যানং করোতি চেৎ।
ক্বচিৎ স্পর্শং ন কুর্ব্বন্তি নলিনীদলমম্বুবৎ ॥ ৩ ॥
গীতায়াঃ পুস্তকং যত্র যত্র পাঠঃ প্রবর্ত্ততে ॥
তত্র সর্ব্বাণি তীর্থানি প্রয়াগাদীনি তত্র বৈ ॥ ৪ ॥
সর্ব্ব দেবাশ্চ ঋষয়ো যোগিনঃ পন্নগাশ্চ যে
গোপালা গোপিকা বাপি নারদোদ্ধবপার্ষদৈঃ।
সহায়ো জায়তে শীঘ্রং যত্র গীতা প্রবর্ত্ততে ॥ ৫ ॥
যত্র গীতাবিচারশ্চ পঠনং পাঠনং শ্রুতম
তত্রাহং নিশ্চিতং পৃথ্বি নিবসামি সদৈব হি ॥ ৬ ॥
গীতাশ্রয়েঽহং তিষ্ঠামি গীতা মে চোত্তমং গৃহম।
গীতাজ্ঞানমুপাশ্রিত্য ত্রীঁল্লোকান্ পালয়াম্যহম ॥ ৭।
গীতা মে পরমা বিদ্যা ব্রহ্মরূপা ন সংশয়ঃ
অর্দ্ধমাত্রাক্ষরা নিত্যা স্বানির্ব্বাচ্যপদাত্মিকা ॥ ৮ ॥
চিদানন্দেন কৃষ্ণেন প্রোক্তা স্বমুখতোঽর্জ্জুনম্।
বেদত্রয়ী পরানন্দা তত্ত্বার্থজ্ঞানসংযুক্তা ॥ ৯ ॥
যোঽষ্টাদশজপো নিত্যং নরো নিশ্চলমানসঃ।
জ্ঞানসিদ্ধিং স লভতে ততো যাতি পরং পদম্ ॥ ১০ ॥
পাঠেঽসমর্থঃ সম্পূর্ণে ততোঽর্দ্ধংপাঠমাচরেৎ।
তদা গোদানজং পুণ্যাং লভতে নাত্র সংশয়ঃ ॥ ১১ ॥
ত্রিভাগং পঠমানস্তু গঙ্গাস্নানফলং লভেৎ।
ষড়ংশং জপমানস্তু সোমযাগফলং লভেৎ ॥ ১২ ॥

একাধ্যায়ং তু যো নিত্যং পঠতে ভক্তিসংযুতঃ।
রুদ্রলোকমবাপ্নোতি গণো ভূত্বা বসেচ্চিরম্ ॥ ১৩ ॥
অধ্যায়শ্লোক পাদং বা নিত্যং য পঠতে নর.।
স যাতি নরতাং মন্বন্তরং যাবদ্বসুন্ধরে ॥ ১৪ ॥
গীতায়াঃ শ্লোকদশকং সপ্তপঞ্চচতুষ্টয়ম ।
দ্বৌ ত্রীনেকং তদর্দ্ধং বা শ্লোকানাং য পঠেন্নর ॥ ১৫ ।
চন্দ্রলোকমবাপ্নোতি বর্ষাণামযুতং ধ্রুবম ।
গীতাপাঠসমাযুক্তো মৃতোমানুষতা‸ ব্রজেৎ ॥ ১৬ ॥
গীতাভ্যাসং পুনঃ কৃত্বা লভতে মুক্তিমুত্তমাম্ ।
গীতেত্যুচ্চারসংযুক্তো ম্রিয়মাণো গতিং লভেৎ ॥ ১৭ ॥
গীতার্থ শ্রবণাসক্তো মহাপাপযুতোঽপি বা।
বৈকুণ্ঠ‸ সমবাপ্নোতি বিষ্ণুনা সহ মোদতে ॥ ১৮ ॥
গীতার্থ‸ ধ্যায়তে নিত‸ কৃত্বা কর্ম্মাণি ভুরিশ‸।
জীবন্মুক্ত. স বিজ্ঞেয়ো দেহান্তে পরম‸ পদম ॥ ১৯ ॥
গীতা মাশ্রিত্য বহবো ভূভুজো জনকাদয ।
নির্ধুতকল্মষা লোকে গতি‸ যাতা‸ পর‸ পদম ॥ ২০ ॥
গীতায়া. পঠনং কৃত্বা মাহাত্ম্যংনৈব য পঠে‸।
বৃথা পাঠো ভবেত্তস্য শ্রম এব হ্যুদাহৃত‸ ॥ ২১ ॥
এতন্মাহাত্ম্য স‸যুক্তং গীতাভ্যাসং করোতি য ।
স তৎফলমবাপ্নোতি দুর্ল ভা‸গতিমাপ্নুয়াৎ ॥ ২২ ॥

সূত উবাচ

মাহাত্ম্যমেতদ গীতায়া ময়া প্রোক্তং সনাতনম্ ।
গীতান্তে চ পঠেদ যস্তু যদুক্ত‸ তৎফলং লভেৎ ॥ ২৩ ॥

ইতি শ্রীবারাহপুরাণে শ্রীধরাযৈবিষ্ণুপ্রোক্ত‸ শ্রীগীতামাহাত্ম্য‸ সম্পুর্ণম ॥

ধরানা (পৃথিবীনা) হ.য়জে —তাইবঙপানসিবু খ্বায়দগী থোইনা হেন্না ঙাকপি-শেনবিরিবা হে ভগবন্ ! হে প্রভো ! অহানবদা তৌখিবা কর্ম্মশি শী মহৈ চাদুনা লৈরিবা মীগী শ্রীভগবান্‌গী মফমদা লেঙদবা ভক্তি করম্না ওই ?॥ ১ ॥



# শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতা

## "গীতা মাহাত্ম্য"

( গীতাগী মতীক মগুণ )

বৈশম্পায়ন উবাচ—

গীতা সুগীতা কর্ত্তব্যা কিমন্যৈঃ শাস্ত্রস‌ংগ্রহৈঃ।
যা স্বয়ং পদ্মনাভস্য মুখপদ্মাৎ বিনিঃসৃতা॥ ১॥

বৈশম্পায়ন উবাচ=রাজা জনমেজয়গী মফমদা বৈশম্পায়ননা হায়খি—গীতা সুগীতা কর্ত্তব্যা=গীতাদবু মনন তৌহুনা নীংথিনা শকচ-শোঞ্জগদবনি কিমন্যৈ শাস্ত্রস গ্রহৈ =অতোপ্পা শাস্ত্রশিংবু খোমজিন্দুনা পাবগা কবি কাম্নগনি ( মবমদি অতোপ্পা শাস্ত্রশিংদা ইরিবা অথাইবা বা পুম্নমক গীতা অসিদা খোমজিন্দুনা ইববু উবা ফগনি ), যা=গীতা অসি স্বয়ং পদ্মনাভস্য=পদ্মনাভ ( খোযদোদা থম্বাল হৌবিবা ) ভগবান্ মশামক্কী, মুখপদ্মাৎ=চীনগী মশক ওইবা থম্বালদগী বিনি সৃতা=ফোঙদোক্লবই॥১॥

সর্ব্বশাস্ত্রময়ী গীতা সর্ব্বদেবময়ো হরিঃ।
সর্ব্বতীর্থময়ী গঙ্গা সর্ব্ববেদময়ো মনুঃ॥ ২॥

সর্ব্বশাস্ত্রময়ী গীতা=শাস্ত্র পুম্নমক্কী মশক ওইবী গীতানি, সর্ব্বদেবময় হরি =দেবতা পুম্নমক্কী মশক ওইবা হরিনি ( কৃষ্ণনি ) সর্ব্বতীর্থময়ী গঙ্গা=তীর্থ পুম্নমক্কী মশক ওইবী গঙ্গানি, সর্ব্ববেদময় মনু =বেদ পুম্নমক্কী মশক ওইবা মনুনি ( মরমদি মনুনা লেংবা স্মৃতিদা বেদনা তাকপা ধর্ম্ম কর্ম্ম পুম্নমক নীংথিনা শগাইনা তাকুনা লৈ॥ ২॥

গীতা গঙ্গা চ গায়ত্রী গোবিন্দেতি হৃদি স্থিতে।
চতুর্গকাবসংযুক্তে পুনর্জন্ম ন বিদ্যতে॥ ৩॥

চতুর্গকাবসংযুক্তে=গকাব মরিনা তিন্দুনা লৈবা গীতা গঙ্গা চ গায়ত্রী গোবিন্দ ইতি=গীতা, গঙ্গা, গায়ত্রী, অমসুং গোবিন্দ মরিসি, হৃদি স্থিতে=মীহুগী থম্মোয়দা লৈরবদা পুন জন্ম ন বিদ্যতে=অমুক হন্না মপোক ওইদে ( মীহুনা মোক্ষ ফংই )॥ ৩॥

ষট শতানি সবিংশানি শ্লোকানাং প্রাহ কেশবঃ।
অর্জ্জুনঃ সপ্তপঞ্চাশৎ সপ্তষষ্টিং তু সঞ্জয়ঃ।
ধৃতরাষ্ট্রঃ শ্লোকমেকং গীতায়া মানমুচ্যতে॥ ৪॥

শ্লোকানাং = গীতাগী শ্লোকশিংগী, ষটশতানি সবিংশানি = মশীং চাতরুক কুন, কেশব প্রাহ = কেশব শ্রীকৃষ্ণনা হায়, অর্জ্জুন সপ্তপঞ্চাশং = অর্জ্জুননা শ্লোক য়াঙ্খৈতরেৎ হায়, সঞ্জয় তু সপ্তষষ্টিম্ = সঞ্জয় নদি শ্লোক হুমফুতরেৎ হায়, ধৃতরাষ্ট্র শ্লোকং একম্ = ধৃতরাষ্ট্রনা শ্লোক অমা হায়, গীতায়াঃ মানং উচ্যতে = মসি গীতাগী শ্লোক মশী নি হায়নৈ। (মসিগী মতুং ইন্না গীতাগী শ্লোক মশীং = ৬২০ + ৫৭ + ৬৭ + ১ = ৭৪৫ ওই, অদুবু হৌজিক ঐ'খায়না মহাভারততা ফংলিবা গীতা অসিদদি ভগবান্না শ্লোক ৫৭৪, অর্জ্জুনা শ্লোক ৮৪, সঞ্জয়না শ্লোক ৪১ অমসুং ধৃতরাষ্ট্রনা শ্লোক ১ হায়বা ওইনা ফংই, অদুগা অপুনবক তিনশিল্লগা শ্লোক মশীং ৫৭৪ + ৮৪ + ৪১ + ১ = ৭০০ চাতরেৎ ওই। মতৌ অসুন্না খেন্নরিবসিগী মরম হৌজিক কাওবা খঙদ্রি )॥ ৪॥

ভাবতামৃতসর্ব্বস্বগীতায়া মথিতস্য চ।
সারমুদ্ধৃত্য কৃষ্ণেন অর্জ্জুনস্য মুখে হুতম্॥ ৫॥

ভাবতামৃতসর্ব্বস্বগীতায়া = ভারতসি (ভারত কৌবা লাইরিক অসি) মীশিংগী অমৃত ওইনা থমজবা লল পুন্নমক্কী মশক ওইবা গীতানি, মথিতস্য চ = অদুগা মহু নৈরগা, সারং উদ্ধৃত্য = মহুদগী অথোইবা মরু ওইবা শরুক লৌথোকুনা, কৃষ্ণেন = ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা, অর্জ্জুনস্য মুখে = অর্জ্জুনগী মচীন্দা, হুতম্ = মহু হোম তৌই ( অর্জ্জুনবু তাকুনা মাগী পুক্নীংদা নীংথিনা খঙহল্লী )॥ ৫॥

( মহাভারত ভীষ্মপর্ব্ব অঃ ৪৩/১—৫ )

---



# ৱাহৌদোক

**॥ শ্রীগণেশায নমঃ ॥**

নাবাযণং নমস্কৃত্য নবঞ্চৈব নবোত্তমম্।
দেবী় সবস্বতীং ব্যাসং ততো জযমুদীবযেৎ ॥

নারায়ণং = সাক্ষাৎ নারায়ণ ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ নবং চ এব নরোত্তমং = মাগী (শ্রীকৃষ্ণগী) মরূপ ওইবা অমসুং মীওইবশিংগী মনুংদা খ্বায়দগী অথোইবা নর (অর্জুন), দেবীং সরস্বতীং = বাগ দেবী ভগবতী সরস্বতী, ব্যাসং = অতুগা ভগবান্ নারাযণগী অংশাবতার ওইবা বেদব্যাস নমস্কৃত্য = মখোয় পূম্নমক অসিবু খুরুমজরগা, তত জয়ং উদীরয়েৎ = মহুগী মতুংদা "জয়" কৌবা ইতিহাসসিবু শকচ শোঙ্গদবনি।

ছৌজিক ঐখোয়না ফংলিবা মহাভারতসিগী খ্বায়দগী অহানবা সংস্করণগী মমিং জয়" হায়না কৌই। অধর্মগী মথক্তা ধর্মনা জয় তৌবগী মরমদগী ভগবান্ বেদব্যাসনা মসিগী মমিং "জয়" থোল্লি। মসিবু মহাক্না মহাভারত লালগী চহী কুনমুক্কী মতুংদা ইহৌনা ফোঙদোকখি। মসি ইশ্‌গ হায়রসিদি মানা লালগী মমাঙদগী হৌনা লেপ্পুনা লৈরম্মি। লাল হৌরমদাইগী মমাঙদা মানা কৌরব অমসুং পাণ্ডবশিংগী মাঙগদৌরিবা ৱা পূম্নমক তাক্নুনা ধৃতরাষ্ট্রবু থেমজিল্লগা অস্নুম্না হাযবম্মি—

অহং তু কীর্ত্তিমেতেষাং কুরূণাং ভবতর্ষভ।
পাণ্ডবানাঞ্চ সর্ব্বেষাং প্রথযিষ্যামি মা শুচঃ ॥

(মহাভা ভীষ্মপর্ব্ব অ ২। ১৩)

"ভরতবংশদা অথোইবা হে ধৃতবাষ্ট্র। দুর্য্যোধন নচিংবা কৌরব অমসু যুধিষ্ঠিরনচিংবা পাণ্ডব মখোয় পূম্নমকসিগী মিংচৎ তুংদা য়াম্না ফাওনা লৈহৌনবগীদমক ঐনা (ব্যাসনা) তৌগনি, নহাক করিমত্তা ৱাগনু"

অতুবু লাল লোইরবা মতুংমক্তদা বেদব্যাসনা "জয়" কৌবা ইতিহাসবু ইহৌনা ফোঙদোকখিদে। মহুগী মরমদি "জয়" কৌবা ইতিহাসতা ইগদৌরিবা দুর্য্যোধন নচিংবনা চংখিবা কত্তবা মরমচংশিংদু তারগা ধৃতরাষ্ট্রনচিংবগী মপূক্নীংদা থোইনা হেম্না ৱাখিগনি হায়না মানা খনখি। মরম অসিনা অস্নুম্না ইরি—

তেষু জাতেষু বৃদ্ধেষু গতেষু পরমাং গতিম ।
অব্রবীদ ভারতং লোকে মানুষেঽস্মিন্ মহানৃষিঃ ঃ

( মহাভা° আদিপর্ব্ব অ ১। ৯৬ )

"ধৃতরাষ্ট্রনচিংবা পুম্নমক্তা অহল ওইখিহুনা পরম গতিবু ক খ্রবা ( শিগ্রবা ) মতুংদা মহর্ষি বেদব্যাসনা মীওইবগী লোক পৃথিবী অসিদা "ভারত" অসিবু হায়রম্মি ( ইরম্মি )।"

অহুগা ধৃতরাষ্ট্রনচিংবসি কবম্বা মতমদা শিখি হায়বসিদি আশ্রমবাসিকপর্ব্বদা অস্নুম্না ইরি—

ততঃ পঞ্চদশে বর্ষে সমতীতে নরাধিপঃ।
রাজা নির্ব্বেদমাপেদে ভীমবাগ বাণপীড়িতঃ ॥

( মহাভা আ বা পর্ব্ব অ° ৩। ১২ )

"মহাভারত লালগী মতু'দ চহী ১৫ হৌখ্রবদা ধৃতরাষ্ট্র নিংথৌনা ভীমগী অয়াকপা বাশিংগী (মশক ওইবা) তেন্না থাহুনা লৈবদগী যাম্না মুংঙাইতহুনা য়ুম থাদোকুনা উমংদা চৎলগে লেপ্পী।"

কার্ত্তিক্যা' কারযিত্বেষ্টিং ব্রাহ্মণৈর্বেদপারগৈঃ ॥
বধুজনবৃতো রাজা নির্যযৌ ভবনাৎ ততঃ॥

মহাভা আশ্রম বা পর্ব্ব অ° ৫ ।২, ৩ )

"মহুগী মতুংদা মেরা থাগী পূর্ণিমা নুমিত্তা বেদ নীংথিনা খঙবা ব্রাহ্মণশিংবু যজ্ঞ তৌহল্লগা মযৌশিংনা কোয়হুনা লৈরিবা ধৃতরাষ্ট্র নিংথৌনা কোন্নুং থাদোকুনা চৎখি।"

মতম অহুদা ধৃতরাষ্ট্রগা লোয়ননা বিদুর সঞ্জয়, গান্ধারী অমসুং কুন্তীসু উমংদা চৎখি। মহুদগী চহী অমগী মতুংদা যুধিষ্ঠিরনচিংবা পুম্নমক ধৃতরাষ্ট্র অমসুং মমা কুন্তীনচিংববু য়েংগে হায়বগীদমক উমংদা মখোয়গী মনাক্তা চৎখিরম্মি, অহুগা মখোয়না হল্লকুনা হস্তিনাপুরদা লৈববা চহী অনীগী মতুংদা হরিদ্বারগী গঙ্গা মপান্দা ধৃতরাষ্ট্রনচিংবা পুম্নমকসি উমংদা হৌরকপা মৈনা ( লম্মৈনা ) চাকুনা শিখি। মতুংদা যুধিষ্ঠিরনচিংবা পুম্নমকসু নারদ মুনিদগী পাউ অসি তাখি।

দ্বিবর্ষোপনিবৃত্তেষু পাণ্ডবেষু যদৃচ্ছয়া।
দেবর্ষিনারদো রাজন্নাজগাম যুধিষ্ঠিরম ॥

( অশ্রমবা অ. ৩৭ । ১ )

"বৈশম্পায়ননা রাজা জনমেজয়বু অস্নুম্না হায়—হে রাজন! পাণ্ডবশিংনা ধৃতরাষ্ট্রনচিংববু উমংগা হল্লকপদগী চহী অনীগী মতুংদা নোংমা যুধিষ্ঠিরগী মনাক্তা লাকুনা দেবর্ষি নারদনা মখোয়দা পাউ অসি তম্বখি।"

মরম অসিনা লাল লোইরবা মতুং চহী কুনমুক শুববদা ভগবান বেদব্যাসনা "জয়" কৌবা ইতিহাস ইহ্নুনা ফোংদোকখি হায়রবসিদা কবিমত্তা চিংনফম থোক্কে। অদুগা অহানবদা মহাভারত অসিগী মমিং "জয়" কৌই হায়রবসিস্ন বৈশম্পায়ন্না জনমেজয়গী মফমদা তাকপা ব্রাদগী খঙবা ঙম্মি—

জযো নামেতিহাসোঽযং শ্রোতব্যো বিজিগীষুণা॥

মহাভা° আদিপ° অ ৬২।২ )

"লাল ঙম্বা পাম্বা মীনা "জয় কৌবা ইতিহাসবু তাজগদবনি।"

হাযরিবা "জয" কৌবা ইতিহাস অসিবু ব্যাসগী আজ্ঞাগী মতু‍ং ইন্না বৈশম্পাযননা জনমেজয় নিংথৌবু মাগী সর্পযজ্ঞ লোইরবা মতুংদা তাহল্লী। মহুদা জনমেজয়না মবক মরক্তা হংবা মতু ইন্না পাউখুম য়াওনা মসিবু বৈশম্পাযননা হাযবদগী অনীশুবা সংস্করণ ওইনা মসিগী মমিং "ভারত" কৌখি। মহুগী মতুংদা লোমহর্ষণগী মচা উগ্রশ্রবা সৌতিনা নৈমিষারণ্যদা চত্তুনা শৌনক নচিংবা ঋষি পুন্নমকপু বৈশম্পাযননা হায়খিবা "ভাবত" অসিবু অমুক তাহল্লী। মহুদা ঋষি অমস্ন সৌতিগী ব্রাহং পাউখুম্নচিংবা ব্রারী কয়ামুক হেনগৎখিহুনা "ভারত' অসিস্ন অহুমশুবা সংস্করণ ওইনা "মহাভারত" হাযনা কৌখি।

মতৌ অস্নুম্না মহাভারত অসিগী মনুংদা লাকইবা শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতা অসিদি অহানবদগী হৌনা "জয" কৌবা ইতিহাসকী মনুং চন্দুনা লৈরিবনি। সর্ব্বজ্ঞ ওইবা (পুন্নমক খঙবা) বেদব্যাসনা লাল হৌরমদাইদা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনগী মফমদা পীখিবা উপদেশ পুন্নমক অহুবু নীংশিংদুনা থম্নগা মতুংদা মহুগী মতুংইন্না অধ্যায় ১৮ গী মশক ওইবা শ্রীমদ্ভগবদ গীতা লেংখিবনি। "শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতাগী অর্থদি—"ঐশ্বর্য্য পুন্নমক্না তিন্দুনা লৈরিবা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা ঈশৈশুম্না শকখিবা" হায়বনি। মসি মহাভারতকী ভীষ্মপর্ব্বগী অধ্যায ২৫ শুবদগী ৪২ শুবা কাওবগী অধ্যায় ১৮ নি। ভীষ্মপর্ব্বদগী তোপ্না লোথোক্তুনা ইবা মতমদা মসিদা অধ্যায় অমদগী হৌহুনা অধ্যায় ১৮ ইবনি।

গীতা অসিদা বেদদা থাম্নবা কাণ্ডগী মতুং ইন্না কর্ম্মকাণ্ড উপাসনাকাণ্ড অমস্নুং জ্ঞানকাণ্ড কৌবা কাণ্ড অহুম লৈ। অহানবা অধ্যায়দগী ৬শুবা অধ্যায় ফাওবা কর্ম্মকাণ্ডনি, ৭শুবা অধ্যায়দগী ১২শুবা ফাওবা উপাসনাকাণ্ডনি, অহুগা ১৩শুবা অধ্যায়দগী ১৮ শুবা ফাওবা জ্ঞানকাণ্ডনি। হৌবদগী লোইবা ফাওবা গীতা অসিগী মনুংদা সাধন কয়ামুক্তা লোয়ননা কর্ম্ম, উপাসনা অমস্নুং জ্ঞান অহুম অসি মকম পুন্নমক্তা তিন্নদুনা হায়খিবশুম উই। মরম অসিন্না অধ্যায়গী মতুংইন্না কাণ্ড অহুম থাম্নবসি চুমদমাক্লে হায়রনা থক্নে। মসিদা নীংথিনা বিচার তৌহুনা য়েংলবদি অধ্যায়গী কাণ্ড থায়বসি চুমই। কাণ্ড অহুম অসি অমগা অমগা য়াম্না মরী থক্নে। মরম অসিদগী তিন্দুনা লৈবশুম উই। মরু ওইনদি অহানবা অধ্যায় তরুক্তা কর্ম্ম, অনীশুবা অধ্যায় তরুক্তা উপাসনা অমস্নুং অহুমশুবা অধ্যায় তরুক্তা জ্ঞানগী থাউতাক শ্রীভগবান্না অর্জ্জুনবু পীখি। মহুদস্ন অহানবা অধ্যায় তরুক্তা কর্ম্ম কর্না তৌগদবগে হায়রবসি তাকপগা লোয়ননা কর্ম্ম তৌহুনা লৈরিবা জীবসিগী অশেংবা মশক করিনো হায়রবসি ভগবান্না

তাকই, অহুগা অনীশুবা অধ্যায় তরুক্তা উপাসনা করম্না তৌগদবগে হায়বসি তাকপগা লোয়ননা উপাসনা তৌগদৌরিবা পরমাত্মা ঈশ্বরগী অশেংবা মশকপু ভগবাম্না তাকই মহুগী মতুংদা অরোইবা অধ্যায় তরুক্তা অহানবদা তাকখিবা জীব অমসুং ঈশ্বরগী অশেংবা মশক অনী অহু অমত্তনি, মহুদা করিমত্তা থেম্নদে হায়বসি তাকুনা মহু খণ্ডনবগীদমক মখল মখা অয়াম্বা উপায় তাক্লগা উপসংহর তৌখি ( রারোইশিনখি )।

মতৌ অসুম্না মরু ওইববু লৌদুনা মথং মনাও নাইনা অধ্যায় তরুক তরুক্তা কর্ম্ম উপাসনা অমসুং জ্ঞানকাণ্ড খায়বনি। কর্ম্মকাণ্ডগী মহু দসু অহানবা অধ্যায় রাহৌদোকনি, শ্রীভগবানগী পাউতাক্তি অনীশুবা অধ্যায়গী ১১ শুবা শ্লোকতগী হৌই। মহুদা মপাংথোংগী মীৎ অনী তাণ্ডবতা নত্তনা অপাম্বা অমসুং মিহৌবদগী মু গী মীৎসু তাওলবা ধৃতরাষ্ট্র নিংথৌনা ভগবান্ বেদব্যাসকী কৃপা দগী কুরুক্ষেত্রগী লানফমদা থোকইবা থৌদোক পুম্নমকপু নীংথিনা খঙবা ভম্বা অমসু, সারথি ওইদুনা মতম পুম্নমক্তা মনাক্তা লৈবা সেবক সঞ্জয়গী মফমদা লালগী রাফম অসুম্না হংখি — *

---

*শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতাগী অহানবা অধ্যায়গী ধৃতরাষ্ট্র উবাচ না হৌবা অহানবা শ্লোক।

# শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতা

ত্বমেব মাতা চ পিতা ত্বমেব
ত্বমেব বন্ধুশ্চ সখা ত্বমেব।
ত্বমেব বিদ্যা দ্রবিণং ত্বমেব
ত্বমেব সর্ব্বং মম দেবদেব॥



# শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতা

## প্রথমোঽধ্যায়ঃ

## ( অহানবা অধ্যায় )

**ধৃতরাষ্ট্র উবাচ**

**ধর্ম্মক্ষেত্রে কুরুক্ষেত্রে সমবেতা যুযুৎসবঃ।**
**মামকা পাণ্ডবাশ্চৈব কিমকুর্ব্বত সঞ্জয় ॥ ১ ॥**

**অন্বয ব্যাখ্যাঃ**— ধৃতরাষ্ট্র উবাচ — ধৃতরাষ্ট্রনা হায়খি— সঞ্জয় । — হে সঞ্জয় । ধর্ম্মক্ষেত্রে — ধর্ম্মগী মফম ওইবা, কুরুক্ষেত্রে — কুরুক্ষেত্রদা যুযুৎসব — লাল তৌনী৲বদগী, সমবেতা — কাওবু নাইনা তিন্নুন লৈরিবা মামকা — ঐগী ঈচা দুর্য্যোধনমচি৲বা পাণ্ডবা চ — অমসুং পাণ্ডুগী মচা যুধিষ্ঠিরনচি৲বনা কিম এব — করি লেপ্পু৲না অকুর্ব্বত — তৌখিবগে ॥ ১ ॥

**অপূনবা অর্থঃ**— ধৃতরাষ্ট্রনা হায়খি— হে সঞ্জয়। ধর্ম্মগী মফম ওইবা কুরুক্ষেত্রদা লাল তৌনী৲বদগী কাওবু মায়না ( কাওবু কাওবু ) তিন্নুনা লৈরিবা দুর্য্যোধনমচি৲বা ঐগী ঈচাশিং অমসুং যুধিষ্ঠিরনচি৲বা পাণ্ডুগী মচাশিং৲না করি লেপ্পু৲না তৌখিবগে ॥ ১ ॥

**অথূপ্পা বা**

অতোপ্পগী লৈবাক মুন্দুনা লৌরগা মহুদা লৈবা মীশিং৲বু ধৃতরাষ্ট্র কৌই অহুগা অতোপ্পন মখোয়দগী মুন্দুনা লৈবাক লৌপ্পবা মীশিং৲বু ধৃতরাষ্ট্র কৌই। মখোয়সি যুধিষ্ঠিরনচি৲বনি অহুগ দুর্য্যোধনচি৲বসিদি ধৃতরাষ্ট্রনি। কাওবু অনীসি লৈবাকঈদমক কুরুক্ষেত্রদা লাল শোক্লগদৌরিবনি। মরু ওইনা দুর্য্যোধনচি৲বগী মপাবু ধৃতরাষ্ট্র কৌবগী মরমদি অহানবদগী ঐহোনুনা মহাক্না মনাও পাণ্ডুগী লৈবাকপু খুদম চল্লুনা থম্লকই। মহাক অমি পোকপদগী হৌদুনা মমীৎ অনীমক তাওদুনা লৈ মপাম্বোং৲গী পোং অমত্তা উবা ঙম্দে। মহাক মপাম্বোং৲গী মীৎ অনী তাওবতা রুত্তনা মচাশিংগী দমক লৈবাক পাম্বনা ঙক্কত্ত৲না মু৲গী লৌশিং ওইবা মীৎসু তাওদুনা লৈ। মতৌ অদুম্না মীৎ

তাঙবা মরুমদগী লালফমদা চৎপা ঙমদদুনা হস্তিনাপুরদা ফমদুনা লৈরগা সঞ্জয়দা লালগী রাফম হংলিবনি। মাগী রাহংসিদা মানা মশাগী চিংনবা ফোঙদোক্লবগীদমক কুরুক্ষেত্রবু ধর্ম্মক্ষেত্র ( ধর্ম্মগী মফম নত্রগা ধর্ম্ম তৌফম ) হায়। কুরুক্ষেত্র ধর্ম্মক্ষেত্রনি হায়বসিদি বেদনচিংবদা অস্নুম্না তাক্লি—

"যদনু কুরুক্ষেত্রং দেবানাং দেবযজনং সর্বেষাং ভূতানাং ব্রহ্মসদনম্"— (জাবালোপনিষৎ—১)

—"কুরুক্ষেত্রসি লাইশিংগী যজ্ঞ তৌনবা অদুগা জীব পুম্নমক্কী ধর্ম্ম তৌনবা মফম্নি হায়বসি ফাওরিবনি।"

মরুম অসিনা ধর্ম্ম তৌনবগী মফম ওইবা কুরুক্ষেত্র য়ৌরগা অহানবদগী ধর্ম্মী ওইদুনা লৈরিবা যুধিষ্ঠিরনচিংবনা মফমগী মতীক মগুণদগী পুক্নীংদা শাগৈ-মাতৈগী মী হাৎপা অসি য়াম্না পাপ ওইবনি খল্লুনা লৈবাক পাম্বদু থাদোক্কুনা লাল তৌখিদ্রবরা? নত্রগা ধর্ম্মগী মফম ওইবা কুরুক্ষেত্র য়ৌরগা মবুক শেংদোক্লক্কুনা দুর্যোধনচিংবা ঐগী ঈচাশিংনা যুধিষ্ঠিরবু মাগী শরুক ওইবা লৈবাক পীদ্রবরা? নত্রগা পুক্নীংদা লাল তৌনবগী নীংবা মতুংইন্না লাল তৌবা হৌরবরা? অহুমসিগী মনুংদা মখোয়না করি লেপ্পুনা তৌখিবগে হায়বসি ধৃতরাষ্ট্রনা মশাগী চিংনবা কোক্লবা হংলিবনি ॥ ১ ॥

থৌজাল করিমত্তা লৈতবা ধৃতরাষ্ট্রগী রাহংদু তারগা মাগী মপুক্নীংদা লৈরিবা রা অদু খঙদুনা সঞ্জয়না অস্নুম্না পাউখুম পী—

### সঞ্জয় উবাচ

দৃষ্ট্বা তু পাণ্ডবানীকং ব্যূঢ়ং দুর্য্যোধনস্তদা।
আচার্য্যমুপসঙ্গম্য রাজা বচনমব্রবীৎ ॥ ২ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— সঞ্জয় উবাচ = সঞ্জয়না হায়খি, রাজা দুর্যোধন = নিংথৌ দুর্যোধননা, ব্যূঢ়ং = বজ্র কৌবা ব্যূহ শাদুনা থন্নিবা, পাণ্ডবানীকং = পাণ্ডবশিংগী ভেক্লোলবু দৃষ্ট্বা = উরগা তদা তু = মতম অদুমক্তদা, আচার্য্যম = আচার্য্য দ্রোণগী মনাক্তা, উপসঙ্গম্য = মশামক চত্তুনা, বচনম = মখাদা লাকইবা ( হায়গদৌরিবা ) রাহংশিং অসিবু অব্রবীৎ = হায়খি ॥ ২ ॥

অপুনবা অর্থ — সঞ্জয়না হায়খি— নিংথৌ দুর্যোধননা বজ্র কৌবা ব্যূহ শাদুনা থন্নিবা পাণ্ডবশিংগী ভেক্লোলবু উরগা মতম অদুমক্তদা আচার্য্য দ্রোণগী মনাক্তা চত্তুনা মখাদা লাকইবা রাহংশিংসি হায়রখি ॥ ২ ॥

### অথূপ্পা বা

শ্লোকী মনুংদা লাকইবা 'তু' হায়বা রাহয় অসিদগী সঞ্জয়না ধৃতরাষ্ট্রগী চিংনবা পুম্নমকপু কোকহল্লগা লাল তৌমবা লেপখি হায়বসি তাকই। অদুগা মঙগী নচা দুর্য্যোধনদি পাণ্ডবশিংগী ভেক্লোলবু উরগা যাম্না কিখিবা মরুমদগী আচার্য্য দ্রোণবু মনাক্তা কৌবা তৌদনা মশামক মহাক্কী ( দ্রোণগী ) মফমদা চৎলগা আচার্য্যবু পেলহল্লবগীদমক নোল্লুকপগা লোয়নবা হায়রখি হায়বসি সঞ্জয়না ধৃতরাষ্ট্রদা খঙহনখি ॥ ২ ॥

দুর্য্যোধননা আচার্য্যগী মফমদা করি হায়জখি হায়বনি শ্লোক ৩ গুবদগী ১১ গুবা ফাওবদা হায়রি—

পশ্যৈতাং পাণ্ডুপুত্রাণামাচার্য্য মহতীং চমূম্।
ব্যূঢ়াং দ্রুপদপুত্রেণ তব শিষ্যেণ ধীমতা ॥ ৩।

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—** আচার্য্য।—হে আচার্য্য গুরু। তব—নহাক্কী, ধীমতা শিষ্যেণ—লৌশিং শিংবা শিষ্য, দ্রুপদপুত্রেণ—দ্রুপদ নিংথৌগী মচানুপা ধৃষ্টদ্যুম্ননা, ব্যূঢাম=ব্যূহ শাদুনা থম্লিবা, এটাম=মাঙদা লৈরিবা, পাণ্ডুপুত্রাণাং=পাণ্ডুগী মচাশিংগী, মহতীম চমূম—অচৌবা তেঙ্গোল অসিবু, পশ্য—য়েংবীয়ু ॥৩॥

**অপুনবা অর্থ ৹—**হে আচার্য্য গুরু। নহাক্কী লৌশিং শিংবা শিষ্য অমসুং দ্রুপদ নিংথৌগী মচানুপা ধৃষ্টদ্যুম্ননা ব্যূহ শাদুনা থম্লিবা পাণ্ডুগী মচাশিংগী মাঙদা লৈরিবা অচৌবা তেঙ্গোল অসিবু য়েংবিয়ু ॥ ৩ ॥

## অথুপ্পা বা

দ্রোণাচার্য্য অসি যুধিষ্ঠিরমচিংবা পাণ্ডবশিংগী মফমদা য়াম্না নুংশিবীবা মরমদগী লাল নীংথিনা তৌরোই হায়না খন্দুনা দুর্য্যোধননা মহাকপু (দ্রোণবু) পাণ্ডবশিংগী মফমদা শাউহনগে হাযবগীদমক মমাঙৈদা নিংথৌ দ্রুপদগা লোয়ননা য়েক্লবা লৈখিবদু নীংশিংহন্নবগীদমক ধৃষ্টদ্যুম্নবু দ্রুপদগী মচা হায়না হাযরিবনি। মরমদি অঙাং ওইরিঙৈগী মতমদা দ্রোণ অমসুং দ্রুপদ মখোয় অনীসি ভরদ্বাজ ঋষিগী মফমদা খুংগু-খুংলাই তমদুনা অমত্ত ওইনা য়াম্না চাম্ন চিন্ননা লৈমিন্নবম্মী। মতুংদা দ্রুপদ পঞ্চাল লৈবাক্কী নিংথৌ ওইখ্রে। লায়রবা ব্রাহ্মণ ওইবা মরমদগী দ্রুপদগী মতেং খরা লৌগে হায়দুনা নোংমা দ্রোণনা দ্রুপদ নিংথৌগী মনাক্তা চংলুই, অমসুং মানা দ্রুপদবু মরূপ হায়না কৌই। মদুদা দ্রুপদনা দ্রোণবু অস্থুম্না হায়খি—"নহাক্তি যাম্না লায়রবা ব্রাহ্মণনি, অদুগা ঐদি নিংথৌনি, লায়রবা মী নিংথৌগী মরূপ ওইবা যাদে, মান্নবা মীশিংদা মরূপ ওইনৈ।' মদু তারগা দ্রোণ তুমিন্না চংখ্রে, মদুদগী হস্তিনাপুরদা চংলগা কৌরব অমসুং পাণ্ডবশিংবু খুংগু-খুংলাই তম্বিদুনা লৈখি। মতুংদা অর্জুনমা গুরুদক্ষিণাগী মশক ওইনা লাল তৌরগা দ্রুপদবু ফাদুনা দ্রোণগী খুয়াদা কংখি। দ্রোণনা মতম অদুদা দ্রুপদদগী পঞ্চাল রাজ্যগী তঙখায় অমা লৌরগা অস্থুম্না হায়খি—"হৌজিক্তি ঐখোয় অনী চপ মান্নরে, মরম অসিনা ঐহাক নহাক্কী মরূপ ওইবা যারগনি নত্রগা য়ারোই হায়বসি তাকউ। রাদু তারগা দ্রুপদনা "য়ারগনি হায মতুংদা মহাক (দ্রুপদ নিংথৌ) য়াম্না রানা মযুমদা হনখি। মযুম য়োবমক্তদা মহাক্না দ্রোণবু হাংপা ঙম্বা অচা কংনীংবা মরমদগী যজ্ঞ তৌখি। যজ্ঞ অদুদগী ধৃষ্টদ্যুম্নসি থাওশাং অমা পায়দুনা দ্রৌপদীগা

লোয়ননা কোঙদোকখি। ধৃষ্টদ্যুম্নসি দ্রোণবু হাৎনবা পোকপনি হায়বসি খঙনা খঙনমক বিধিনা তম্বা মতু, ইন্না দ্রোণাচার্য্যনা দ্রুপদগী হায়জবদগী ধৃষ্টদ্যুম্নবু খুৎশু খুৎলাই মী,থিনা তম্বীখি। মরম অসিনা ধৃষ্টদ্যুম্ন দ্রোণগী শিষ্যনি। মসিদগী দুর্য্যোধনন্না নঙবু হাৎনবা পোকপা মীবু নশামক্তা খুৎশু খুৎলাই তম্বীদুনা শেমগৎপা মহাকুম্বা অপঙবা কনা লৈগনি হায়বসি ব্যঙ্গনা (কয়েম্নবা মত্রগা খোয়দৌ শীকপা ৱানা) ফোঙদোকই। মসি পুম্নমকসি মী,শি,হন্নগা দ্রোণবু শাউহনগে অমসুং লাল মী,থিনা শোক্নহনগে খন্দুনা দুর্য্যোধনন্না পাণ্ডবকী তেঙ্গোলবু দ্রুপদগী মচা ধৃষ্টদ্যুম্ননা সেনাপতি ওইদুনা ব্যূহ শারগা ঙাক্লি হায়বসি দ্রোণগী মফমদা তাকখি। মতৌ অসুম্না ধর্ম্মগী মফম ওইবা কুরুক্ষেত্রদা লাল্লবসু মহাক্কী মচা দুর্য্যোধনগী পুক্নীংগী ৱাখল গুরুগী মফমদা কাওবা অসুম্না থম্লিবা ফীবম অসিদা ফত্তবা ৱাখল থাদোক্লুনা মানা যুধিষ্ঠিরবু লৈবাক পীগনি খনবসিদি অরেম্বা ৱানি হায়না সঞ্জয়না ধৃতরাষ্ট্রগী মফমদা খঙহনখি।৩।

হৌজিক দুর্য্যোধন্না পাণ্ডবকী তেঙ্গোলদা অথোই অথোইবা অমসুং করম করম্বা লাল হৈবা মী য়াওবগে হায়বসি শ্লোক অহুম্না দ্রোণাচার্য্যবু তাক্লি—

> অত্র শূরা মহেষ্বাসা ভীমার্জ্জুনসমা যুধি।
> যুযুধানো বিরাটশ্চ দ্রুপদশ্চ মহারথঃ ॥ ৪ ॥
> ধৃষ্টকেতুশ্চেকিতানঃ কাশিরাজশ্চ বীর্য্যবান্।
> পুরুজিৎকুন্তিভোজশ্চ শৈব্যশ্চ নরপুঙ্গবঃ ॥ ৫ ॥
> যুধামন্যুশ্চ বিক্রান্ত উত্তমৌজাশ্চ বীর্য্যবান্।
> সৌভদ্রো দ্রৌপদেয়াশ্চ সর্ব্ব এব মহারথাঃ ॥ ৬ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — অত্র=পাণ্ডবকী তেঙ্গোলসিদা যুধিভীমার্জ্জুনসমা =লান্দা ভীম অমসুং অর্জ্জুনগা চপ মান্নবা মহেষ্বাসা =অচৌ অচৌবা লীরু, পায়বা শূরা (সন্তি)=লাল তৌবদা য়াম্না থৌবা মী কয়ামুক লৈ। (মখোয় অদুদি) যুযুধান =লাল তৌদুনতা লৈবা পাম্বা সাত্যকি বিরাট চ=অমসুং য়েক্লবশি,বু অৱাবা পীদুনা লৈবা বিরাট নি,থৌ মহারথ চ দ্রুপদ =উ পাম্বী মাগী ফীরালদা য়েক্লুনা থম্বা মহারথ দ্রুপদ নি,থৌ।৪। ধৃষ্টকেতু চেকিতান চ—য়েক্লবশি,বু অকিবা পীরিবা ফীরালনা মাগী দোলায়দা থেক্ত না থম্বা ধৃষ্টকেতু নি,থৌ, অমসুং চিকিতানগী মচা চেকিতান নিংথৌ বীর্য্যবান চ কাশীরাজ =অদুগা মপাঙ্গল চাউবা (কনবা) কাশীগী নি,থৌ, পুরুজিৎ কুন্তিভোজ চ=য়েক্লবা কয়ামুকপু মায়থীবা পীবা ঙম্বা পুরুজিৎ নি,থৌ অমসুং কুন্তিগী মপা কুন্তিভোজ নি,থৌ নরপুরঙ্গব চ শৈব্য =অদুগা মীশি,গী মনু,দা অথোইবা শিবির,শদা পোকপা শৈব্য নি,থৌ।৫। বিক্রান্ত চ যুধামন্যু =য়াম্না কনবা অমসুং লালদা য়াম্না শাউগনবা যুধামন্যু

নিংথৌ, বীর্য্যবান চ উত্তমৌজা —পঞ্চাল দেশকী মপাঙ্গল চাউবা উত্তমৌজা, সৌভদ্র —সুভদ্রাগী মচা অভিমন্যু, দ্রৌপদেয়া চ=অদুগা দ্রৌপদীগী মচা মঙা—প্রতিবিন্ধ্য, শ্রুতকীর্ত্তি, শ্রুতকর্ম্মা, শতানীক অমসুং শ্রুতসেন, সর্ব্বে মহারথা এব—হায়রিবা পুম্নমকসি মহারথ ওাক্তনি ॥ ৬॥

**অপূনবা অর্থ ঃ—** পাণ্ডবশিংগী তেঙ্গোল অসিদা লাল তৌবদা ভীম অমসুং অর্জ্জুনগা চপ মান্নবা, অচৌ অচৌবা লীরুং পায়বা অদুগা লালদা য়াম্না থৌবা মী কয়ামুক লৈ। মখোয়দুদি সাত্যকি, বিরাট নিংথৌ, মহারথ দ্রুপদ ॥ ৪॥ ধৃষ্টকেতু, চেকিতান, মপাঙ্গল চাউবা কাশীগী নিংথৌ, পুরুজিৎ, কুন্তিভোজ, মীশিংগী মনুংদা অথোইবা শৈব্য ॥ ৫॥ য়াম্না কনবা যুধামন্যু, মপাঙ্গল য়াম্না লৈবা উত্তমৌজা অভিমন্যু অদুগা দ্রৌপদীগী মচা মঙা—প্রতিবিন্ধ্য, শ্রুতকীর্ত্তি, শ্রুতকর্ম্মা, শতানীক অমসুং শ্রুতসেন অসিনচিংবা মখোয় পূম্নমকসি মহারথ ওাক্তনি ॥ ৬॥

**অথুপ্পা বা**

লাল তৌবদসু অদুক হাক্লা ফাওদবা ধৃষ্টদ্যুম্ননা ওাক্লনা থম্লিবা পাণ্ডবকী তেঙ্গোল অসিবু ঐখোযগী মনুংদগী লাল হৈবা মী অমতনা ঈরায় লায়না মাঙহনবা ঙমগনি, মসিদা অসুক য়াম্না নুংশা থীদুনা পুক্নীংদা লাঙতক্লবা চুমদে হায়না দ্রোণাচার্য্যনা হায়রবদি মদুগী পাউথুম ওইনা দুর্য্যোধননা হায়— পাণ্ডবকী তেঙ্গোল অসিদা শূপ্না ধৃষ্টদ্যুম্নগুম্বা ওাক্তা নত্তে, মঙোন্দগী থোইদোক হেন্দোক্লবা অফাওবা লাল হৈবা য়াম্না য়াওরি। মাোংদুগী মনুংদা মরুওইনা ১৭ কী মিংদি এনা তাকচরবনি। পাণ্ডব মঙাদি তাক্লবসু অফাওবনি হায়দুনা তাকচন্নবনি। মখোয় পুম্নমক মহারথ ওাক্তনি। মরম অসিনা মখোয়শিংসিবু মাঙংল্লগা লাল ঙম্নবা ঐখোয পুম্নমক্লা অমত্ত ওইনা পুক্নীং তিন্নদুনা (পুক্চেল অমত্ত ওহনা) হোংনবা চুম্মি হায়বসি দুর্য্যোধনগী পুক্নীংদা লৈবা রানি।

লাল হৈবা মীশিংগী মনুংদা মখোয়গী মপাঙ্গল অমসুং খুৎশু খুংলাই শীজিন্নবগী মতুংইন্না অতিরথ, মহারথ, রথ অমসুং অর্দ্ধরথ হায়না খায়রি। মসিবু অসুম্না তাক্লি—

> একো দশসহস্রাণি যোধযেৎস্তু ধন্বিনাম্।
> শস্ত্র শাস্ত্রপ্রবীণশ্চ মহারথ ইতি স্মৃতঃ॥
> অমিতান্ যোধযেদ্যস্তু সম্প্রোক্তোঽতিরথস্তু সঃ।
> রথস্ত্বেকেন যো যোদ্ধা তন্ন্যূনোঽর্দ্ধরথঃ স্মৃতঃ॥

"মতোমদনা লীরুং পাযবা লাম্মী লীশীং তরাগা লোয়ননা লাল তৌবা ঙম্বা, (লাম্বা পাবা ঙম্বা) খুৎশু খুংলাই অমসুং লাইরিক লাইশুদা য়াম্না হৈ শিংবা মীবু মহারথ কৌই। লাম্মী লীশীং তরাদগী হেনবা মশীং লাকঙমদবা লাম্মীশিংগা লোয়ননা লাল তৌবা ঙম্বা মীবু অতিরথ কৌই। অদুগা লাম্মী লীশীং অমগা লোয়ননা লাম্বা পাবা ঙম্বা মীবু রথ কৌই। মসিদগী হন্থবা লাম্মীশিংগা লোয়ননা লাম্বা পাবা ঙম্বা মীবুদি অর্দ্ধরথ কৌই।" অর্জ্জুন, ভীমনচিংবসি অতিরথনি ॥৪—৬॥

মসিগী মতুংদা দুর্য্যোধনন্না মাগী তেঙ্গোনদস্তু অথোইবা ওইনা অকন অথৌ কনা কনা য়াওরিবগে হায়বসি অসুম্না তাকই—

অস্মাকন্তু বিশিষ্টা যে তান্নিবোধ দ্বিজোত্তম।
নায়কা মম সৈন্যস্য সংজ্ঞার্থং তান ব্রবীমি তে ॥ ৭॥

ভবান্ ভীষ্মশ্চ কর্ণশ্চ কৃপশ্চ সমিতিঞ্জয়ঃ।
অশ্বত্থামা বিকর্ণশ্চ *সৌমদত্তিস্তথৈব চ ॥ ৮॥

অন্যে চ বহবঃ শূরা মদর্থে ত্যক্তজীবিতাঃ।
নানাশস্ত্রপ্রহরণাঃ সর্ব্বে যুদ্ধবিশারদাঃ ॥ ৯॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — দ্বিজোত্তম। ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রিয় অমসুং বৈশ্য জাতিগী মনুংদা খ্বাইদগী অথোইবা ব্রাহ্মণ হে আচার্য্য। অস্মাকং তু = এখোযগী তেঙ্গোলগী মনুং অসিদসু যে বিশিষ্টা = মকোক ওইহনা লৈরিবশিং তান নিবোধ = মখোযবুসু খঙবিয়ু। মম সৈন্যস্য চ = অহুগা ঐগী লান্মীশিংগী, যে নায়কা - লাম্বোঙ শীন্দূনা লৈরিবশিং তান = মখোযবুসু তে সংজ্ঞার্থম = নহাক্কী খঙনবগীদমক, ব্রবীমি = মমিংশিং লৌদূনা (পন্দুনা) ঐনা হায়জরি ॥৭॥ ভবান ভীষ্ম চ কর্ণ চ = আচার্য্য নশামক অহুগা ভীষ্ম অমসুং কর্ণ সমিতিঞ্জয় চ কৃপ = অহুগা লাল থোইবা (ঙমগনবা) কৃপাচার্য্য (মরীসি ঐখোযগী মকোকনি)। অশ্বত্থামা বিকর্ণ চ = অশ্বত্থামা অমসুং ঐগী ঈনাও বিকর্ণ তথা এব চ = অহুগা মতৌ অসুম্না সৌমদত্তি = সোমদত্তগী মচা ভূরিশ্রবা (মখোয় অহুমসি ঐগী তেঙ্গোলগী নায়কনি) ॥ ৮ ॥ অন্যে চ = অহুগা মসিদ নত্তনা অতোপ্পা নানাশস্ত্রপ্রহরণা = মখল মখা অয়াম্বা খুৎলাই শীজিন্নবা যুদ্ধবিশারদা = লাল তৌবদা সাম্না হৈশিংবা বহব শূরা = লালদা থৌবা কয়ামুকসু লৈরি সর্ব্বে = মখোয পুম্নমকসি, মদর্থে = এগীদমক ত্যক্তজীবিতা = থবায থাগে হায়না লেপ্লুনা লৈবিবনি ॥ ৯ ॥

অনুবাদ অর্থ — হে দ্বিজশ্রেষ্ঠ। ঐখোযগী তেঙ্গোলসিদা মকোক ওইহনা লৈরিবা মখোয়বুসু খঙবিয়ু অহুগা ঐগী লান্মীশিংসিগী লাম্বোঙ শীন্দুনা লৈরিবা মখোযবুসু নহাক্কী খঙনবগীদমক মমিং পন্দুনা তাকচরি ॥৭॥ আচার্য্য নশামক, ভীষ্ম, কর্ণ অমসুং লালঙম্বা কৃপাচার্য্য— মরীসি ঐখোয়গী মকোক ওইহনা লৈরিবনি। অশ্বত্থামা, বিকর্ণ অহুগা সোমদত্তগী মচা ভূরিশ্রবানচিংবা (মখোয়সি ঐগী তেঙ্গোলগী নায়ক—লাম্বোঙ শীনবনি) ॥৮॥ অহুগা মসিদ নত্তনা অতোপ্পা, মখল মখা অয়াম্বা খুৎলাই শীজিন্নবা অমসুং লালদা হৈশিংবা অথৌবা কয়ামুকসু লৈরি, মখোয় পুম্নমক অসি ঐগীদমক থবায় থাগে হায়না লেপ্লুনা লৈরিবা ঙাক্তনি ॥ ৯ ॥

---

* "জয়দ্রথস্তথৈব চ' অসুম্না ইবসু ফংই।

## অথূপ্পা বা

নহাক পাণ্ডবকী অকনবা লাম্মীশিংবু উরগা কিন্নবদি করি তৌহন্না লাল তৌগে হায়না হোংনরি? লাল থাদোক্নুনা সন্ধি তৌরগা মখোয়দা লৈবাক মচেং অমা পীথোকউ হায়না দ্রোণনা হায়বা থোক্লবদি মহাগী পাউখুম ওইনা দুর্য্যোধনন্না হায়রি—ঐখোয়গী তেঙ্গোল অসিদস্থু অকনবা অথৌবা লাল লৈবা যাম্না যাওরি অহনা ঐ করিমক্তা কিদে। লাল তৌবসি বামনগী মথৌ নত্তে, অকনবা ক্ষত্রীশিংগী মথৌনি। ঐগী তেঙ্গোলসিগী মমু দা ভীষ্ম, কর্ণনচিংবা ক্ষত্রী যাম্না যাওরি। মহাক্না পাণ্ডবশিংগী মফমদা নুংশিবীহনা লাল তৌনীংদবা থোক্লবস্থু তুমিন্না কমদূনা লাল য়েংহনা লৈবিমু। মতুংদগী ঐগী করিমক্ত মাঙবা লৈরোই হায়র্বসি দুর্য্যোধনগী পুক্নীংদা লৈবা ফত্তবা অথূপ্পা রানি, মসিবু মানা ফোংদোকনীংবদমী বামন্না লালদা করি তৌবা ঙমগনি হায়না থৌওইদদূনা "হে দ্বিজোত্তম" হে বামন। হায়না কৌরিবনি ॥ ৭—৯ ॥

অহুমক ওইহনস্থু দ্রোণবু শাউহনবা ফত্তে খন্দুনা সেনাপতি ওইরিবা ভীষ্মবু ঙাক-শেন্দুনা থম্নবগীদমক দ্রোণদা হায়জরি—

> অপর্য্যাপ্তং তদস্মাকং বলং ভীষ্মাভিবক্ষিতম্।
> পর্য্যাপ্তং ত্বিদমেতেষাং বলং ভীমাভিবক্ষিতম্ ॥১০॥
> অয়নেষু চ সর্ব্বেষু যথাভাগমবস্থিতা।
> ভীষ্মমেবাভিবক্ষন্ত ভবন্ত সর্ব্ব এব হি ॥১১॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — অস্মাকং=ঐখোযগী, ভীষ্মাভিরক্ষিতম=ভীষ্মনা মাযকৈ মরিমক্তা ঙাক্লিবা, তং বলম= তঙ্গোল অহ, অপর্যাপ্তম=মণীং যাম্না চাউবা (যাম্বা) মরম্না মখোযনা কোযশীনবা ঙম্মোই। অহুগা, এতেষাম্=মখোয়গী ভীমাভিরক্ষিতম=ভীমনা মায়কৈ মবিমক্তা ঙাক্তূনা থম্লিবা, ইদং বলং তু=তেঙ্গোল অসিদি পর্যাপ্তম=মণীং যাম্না পীকপা (যামদবা) মরম্না ঐখোয়না লাযনা কোযশীনবা ঙমগনি (মরম অসিদগী ঐখোযনা শোযদনা লাল ঙমগনি) ॥ ১০ ॥ সর্ব্বেষু চ অযনেষু=লাম্থোং পুম্নমক্তা যথাভাগং=শীল্লিবা মফম মফমগী মতুংইন্না অবস্থিতা= লৈবিহনা, সর্ব্বে এব হি ভবন্ত =নখোয পূম্নমক্তা শোয়দনা, ভীষ্মং এব=সেনাপতি ওইবা ভীষ্মমক্তবু, অভিরক্ষন্ত=মায়কৈ মরিমক্তা ঙাক্তূনা থম্বীয়ু ॥ ১১ ॥

**অপুনবা অর্থ** —ভীষ্মনা মাযকৈ মরিমক্তা ঙাক্লিবা ঐখোযগী তেঙ্গোল অহ মণীং যাম্বা মরম্না মখোয়না কোয়শীন্দুনা ফাবা ঙম্মোই। অহুগা মখোয়গী ভীমনা মাযকৈ মবীমক্তা ঙাক্তূনা থম্লিবা তেঙ্গোল অসিবুদি মণীং য়ামদবা মরম্না ঐখোয়না কোয়শীন্দুনা লাযনা ফাবা ঙমগনি ॥ ১০ ॥

মরম অসিনা লাম্থোং পুম্নমক্তা শীল্লিবা মফম মফমগী মতুংইন্না লৈবিহনা নখোয় পুম্নমক্তা শোয়দনা সেনাপতি ওইবা ভীষ্মমক্তবু মায়কৈ মরিমক্তা ঙাক্তূনা থম্বীয়ু ॥ ১১ ॥

## অথূপ্পা য়া

ভীষ্মসি পাণ্ডবশিংবু য়াম্না নুংশিবিবা মরমদগী ঐগীদমক নীংথিনা লাল তৌবিগদরা নত্রগা তৌবিরোইদরা হায়বসি দুর্য্যোধনগী মপুক্নীংদা মতম পুম্নমক্তা য়াম্না চিংনত্নমা লৈ। ভীষ্মনা নীংথিনা লাল তৌবিরবদি ঐখোয়গী তেঙ্গোল অসি অক্ষৌহিণী তরামাথোই ওইবা ( লৈবা ) মরমদগী ভীমনা ঙাক্লিবা পাণ্ডবকী অক্ষৌহিণী তরেৎখক্তগী তেঙ্গোল অসিদি য়াম্না লায়না কোয়শীন্দুনা হাংপা ঙমগনি , অদুগা ভীষ্মনা পূক্নীং চঙনা নীংথিনা লাল তৌবিত্রবদি ( শোক্লবিদ্রবদি ) মহাক্লা ঙাক্লিবা ঐখোযগী অক্ষৌহিণী তরামাথোই লৈবা তেঙ্গোল অসি ভীমনা ঙাক্লিবা অপীকপা তেঙ্গোলগী মমাঙদা ( অপর্যাপ্ত ) করিস্নু লৈতবা ওইগনি অদুনা ভীমনা ঙাক্লিবা তেঙ্গোল পীক্লবস্নু (পর্যাপ্ত) অকনবা ওইগনি। লাল ঙম্বা নত্রগা ঙমদবা অসি সেনাপতিগী মথক্তা লৈ। কৌরব সেনাগী সেনাপতি ভীষ্মনি অদুগা পাণ্ডবকী সেনাপতি দৃষ্টদ্যুম্ননি। মসিদা দুর্য্যোধন্না পাণ্ডবকী তেঙ্গোলবু দৃষ্টদ্যুম্ননা ঙাকপা হায়বগী মহূত্তা ভীমনা ঙাকপা হায়বগী মরমদি—মপাঙ্গল কনবা অমস্নুং কৌরবপু মতম পুম্নমক্তা মাঙননবা হোৎনদূনা লৈবদগীনি। সেনাপতিবু নীংথিনা ঙাক্তূনা থম্লবদি লাল তৌবদা খুদোং যাম্না চায। মরম অসিদগী দুর্য্যোধন্না আচার্য্য দ্রোণনচিংবগী অকনবা পুম্নমক্কী মফমদা লাম্হোঙ শিংদা মাগী মাগী শীন্দূনা থম্লিবা নফমদা লৈরগা সেনাপতি ওইবা ভীষ্মবু ঙাকউ হায়জরিবনি ।

অক্ষৌহিণী অমদা লাম্মীনচিংবগী মশীং অস্নুম্না তাক্লি—

অক্ষৌহিণ্যা প্রমাণন্তু খাঙ্গাষ্টৈকদ্বিকৈর্গজৈ
রথৈরেতৈর্হয়ৈস্ত্রিঘ্নৈ পঞ্চঘ্নৈশ্চ পদাতিভি ॥

অক্ষৌহিণ্যা প্রমাণং তু = অক্ষৌহিণী অমদা লৈরিবা মশীংদি খাঙ্গাষ্টৈকদ্বিকৈর্গজৈ = শামু ২১,৮৭ , এতৈ রথৈ = মশীং অসিমক ( শামু মশীংগা চপ মান্নবা—২১,৮৭ ) রথ ( শগোলনচিংবা দোলায ), হয়ৈ ত্রিঘ্নৈ = মশীং অসিবু অহুম্না পুরিবগা (২১ ৮৭ × ৩) = ৬৫,৬১ না শগোল পঞ্চঘ্নৈ চ পদাতিভি = মশীং অসিমকপু মঙানা পুরিরগা (২১,৮৭ × ৫) = ১, ৯,৩৫ না লাম্মীনি ।

মতৌ অস্নুম্না কুরুক্ষেত্রদা তিল্লিবা অক্ষৌহিণী ১৮ গী মশীং

শামু = ২১ ৮৭ × ১৮ = ৩,৯৩ ৬৬
রথ = ২১,৮৭ × ১৮ = ৩,৯৩,৬৬
শগোল = ৬৫,৬১ × ১৮ = ১১,৮ ,৯৮
লাম্মী = ১, ৯,৩৫ × ১৮ = ১৯,৬৮ ৩

৩৯,৩,৬৬,৯

মসিদা শগোল শামু ঙাকপা ( শেনবা ), সারথিনচিংবা মীশিংগী মশীং য়াওদ্রিবনি ॥ ১০ ১১ ॥

মসিগী মতুংদা কন্নি তৌথিবগে হায়বসি সঞ্জয়না ধৃতরাষ্ট্রবু অস্নুম্না তাকই—

তস্য সঞ্জনযন্ হর্ষং কুরুবৃদ্ধ পিতামহঃ।
সিংহনাদং বিনদ্যোচ্চৈঃ শঙ্খং দধ্মৌ প্রতাপবান্ ॥ ১২॥
ততঃ শঙ্খাশ্চ ভের্যশ্চ পণবানকগোমুখা।
সহসৈবাভ্যহন্যন্ত স শব্দস্তুমুলোহভবৎ ॥ ১৩॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — প্রতাপবান=মপাঙ্গল চাউরবা (কল্লবা), কুরুবৃদ্ধ পিতামহ =কৌরবশিংগী মনুংদা অহল ওইবা মবুধৌ ভীষ্মনা, তস্য সঞ্জনয়ন=দুর্য্যোধনগী নুংঙাইবা পোকহন্দুনা, সিংহনাদং =লালগী লাল্লাউ, উচ্চৈ বিনোদ্য=য়াম্না লাউনা (হৌনা) লাউরগা, শঙ্খং দধ্মৌ=মোইবুং খোংখি ॥ ১২ ॥ তত =ভীষ্মনা অসুম্না তৌরবগী মতুংদা (কৌরবকী অতোপ্পা লাম্মীশিংনসু), শঙ্খা ভের্য্য চ=মোইবুং অমসুং ভেরী (বেঙ্গুন), পণব আনক গোমুখা =ঝাল, ঢোলক নচিংবা, ঢোল =(দুন্দুভি) অদুগা গোমুখ (রণশিঙ্গা) মসি পুম্নমকসি সহসা এব=ঈখঙ খঙহৌদনা, অভ্যহন্যন্ত =খোংখি অমসুং য়ৈখি, স শব্দ=মদুদগী হৌগংলকপা মখোল অদু (খোল্লকপা খোঙ্গোক অদু) তুমুল অভবৎ=য়াম্না নিনখিরম্মী ॥ ১৩ ॥

**অপূনবা অর্থঃ**— পাঙ্গল চাউরবা অমসুং কৌরবশিংগী মনুংদা অহল ওইবা মবুধৌ ভীষ্মনা দুর্য্যোধনগী নুংঙাইবা পোকহন্দুনা লালগী লাল্লাউ য়াম্না খাংনা লাউরগা মোইবুং খোংখি ॥ ১২ ॥ মদুগী মতুংদা কৌরবকী অতোপ্পা লাম্মীশিংনসু মোইবুং, ভেরী, ঝাল ঢোল, গোমুখনচিংবা পুম্নমকপু ঈখঙ-খঙহৌদনা খোংখি অমসুং য়ৈখি, অদুগা মাদুগী খোঙ্গেল অদু য়াম্না মিল্লখি ॥ ১৩ ॥

**অথূপ্পা বা**

পাণ্ডবকী তেঙ্গোল উবদগী কিদুনা অমসুং অকিবা অদু কোকথোক্লবগীদমক নমথাক তৌদুনা আচার্য্য দ্রোণগী মফমদা চংজখিবা দুর্য্যোধনগী পুক্নীং খঙদূনা অদুগা মাগী বাহয় তাবদগী নিন্দা তৌখিবা অদু খল্লগা পুক্নীং নুংঙাইতদুনা দ্রোণনা মনাক্তা লাক্তূনা হায়জররিবা দুর্য্যোধনগী মফমদা পাউথুম ওইনা রা মচেৎ অমতং ফাওবদু হায়খিদবা অদু উরগা অমসুং খঙলগা ভীষ্মনা সেনাপতি ওইবা মরমদগী দুর্য্যোধনবু খরদং পেলহনগে খন্দুনা মানা (দুর্য্যোধন্না) হায়খিবা রাশিংদুবু লৌবা তৌদনা মতম অহমক্তদা লালগী লাল্লাউ লাউই অমসুং মোইবুং খোংই। মদুদা ভীষ্মগী মতুং ইন্না কৌরবকী তেঙ্গোলনা মখল মখা অয়াম্বা বাদ্য যন্ত্র খোংদুনা অমসুং য়ৈদুনা লালফমদুবু পুমনিল মিন্হল্লি ॥ ১২ ১৩ ॥

অহানবদদি অর্জ্জুন্না শাগে নাতৈশিংবু হাংপসি পাপনি খন্দুনা লাল তৌরোই লেপ্পী। অদুবু মতুংদা শ্রীকৃষ্ণনা নীংথিনা তাক্লুনা খঙহনবা মরমদগী মানা তৌগে লেপখি হায়বসি ধৃতরাষ্ট্রবু তাহন্নবগীদমক সঞ্জয়না পাণ্ডবকী তেঙ্গোলনসু করি তৌখি হায়বসি অসুম্না তাকপা হৌই—

৺৺ শ্বেতৈর্হয়ৈর্যুক্তে মহতি স্যন্দনে স্থিতৌ ।
মাধবঃ পাণ্ডবশ্চৈব দিব্যৌ শঙ্খৌ প্রদধ্মতুঃ ॥ ১৪॥
পাঞ্চজন্যং হৃষীকেশো দেবদত্তং ধনঞ্জয় ।
পৌণ্ড্রং দধ্মৌ মহাশঙ্খং ভীমকর্ম্মা বৃকোদরঃ ॥ ১৫ ॥
অনন্তবিজয়ং রাজা কুন্তীপুত্রো যুধিষ্ঠিরঃ ।
নকুল সহদেবশ্চ সুঘোষমণিপুষ্পকৌ ॥ ১৬॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—** তত =ভীষ্মনচিংবনা মোইবুং খোংগ্রবা মতুংমক্তদা, শ্বেতৈ হয়ৈ যুক্তে =অঙৌবা শগোল মরিনা চিংবা মহতি স্যন্দনে=অচৌবা রথদা ( দোলায়দা ), স্থিতৌ মাধব পাণ্ডব চ এব=তো হুনা লৈরিবা লক্ষ্মীগী মপু ওইবা শ্রীকৃষ্ণ অমস্তুং পাণ্ডুগী মচা অর্জ্জুনস্তু, দিব্যৌ শঙ্খৌ প্রদধ্মতু =দিব্য ( লাইগী ) ওইবা মোইবুং অনী খোংখি ॥ ১৪ ॥ হৃষীকেশ পাঞ্চজন্যং=ইন্দ্রিয় পুম্নমকী মপূ ওইহুনা লৈরিবা শ্রীকৃষ্ণনা পঞ্চজন কৌবা রাক্ষসতগী পোকখিবা পাঞ্চজন্য কৌবা মোইবুংবু, ধনঞ্জয় দেবদত্তং=দিগ্বিজয়গী মতমদা কুবেরনচিংববু লান্দা ঙমহুনা লল থুম য়াম্না পুরকখিবা অর্জ্জুননা দেবতাশিংনা পীবা দেবদত্ত কৌবা মোইবুংবু, ভীমকর্ম্মা বৃকোদর =য়াম্না কনবা অমস্তুং অকিবা থবক তৌহুনা লৈবা অহুগা কবোকৈগী মতৌগুম্বা মবুক্কা মাগী ওইবা ( যাম্না চাবদগী মপাঙ্গল য়াম্না চাউবা ) ভীমনা, পৌণ্ড্রং মহাশঙ্খং দধ্মৌ=পৌণ্ড্র কৌবা অচৌবা মোইবুংবু খোংখি ॥ ১৫ ॥ কুন্তীপুত্র যুধিষ্ঠির রাজা=কুন্তীগী মচা যুধিষ্ঠির নিংথৌনা অনন্তবিজয়ং=ঙমখৈ লৈতনা বিজয় পীবা ঙম্বা অনন্তবিজয় কৌবা মোইবুংবু নকুল সহদেব চ=নকুল অমস্তুং সহদেবনা, সুঘোষমণিপুষ্পকৌ দধ্মৌ =মখোল য়াম্না হৌবা সুঘোষ কৌবা মোইবুং অমস্তুং মহুদা মণিশিংনা লৈ মওং শাহুনা থম্লিবা মিক কৌবাণপুষ্প মোইবুংবু খোংখি ॥ ১৬ ॥

**অপুনবা অর্থ —**ভীষ্মনচিংবনা মোইবুংনচিংবা খোংগ্রবা, য়ৈগ্রবা মতুংমক্তদা অঙৌবা শগোল মরিনা চিংবা অচৌবা দোলায় অমদা তোংহুনা লৈরিবা মাধব শ্রীকৃষ্ণ অমস্তুং পাণ্ডুগী মচা অর্জ্জুন অনীনস্তু দিব্য ওইবা মোইবুং অনী খোংখি ॥ ১৪ ॥ মহুদা হৃষীকেশ ভগবাননা পাঞ্চজন্য কৌবা মোইবুং, ধনঞ্জয় অর্জ্জুননা দেবদত্ত কৌবা মোইবুং অমস্তুং অকিবগী থবক তৌদুনা লৈবা বৃকোদর ভীমনা পৌণ্ড্র কৌবা অচৌবা মোইবুংবু খোংখিরম্মি ॥ ১৫ ॥ অহুগা কুন্তীগী মচা যুধিষ্ঠির নিংথৌনা অনন্তবিজয় কৌবা মোইবুং নকুলনা সুঘোষ কৌবা মোইবুং অমস্তুং সহদেবনা মণিপুষ্পক কৌবা মোইবুংবু খোংখি ॥ ১৬॥

## অপুম্বা বা

মসিদা সঞ্জয়না ধৃতরাষ্ট্রবু মমুংগী বা ওইনা অস্নুম্না থঙহল্লি— নখোয়গী তেঙ্গোলদদি পৃথিবীদা অমিং থাওর্বা ( চংপা ) মোইবুং থম্না অকনবা মী কনা অমত্তা য়াওদে, পাণ্ডবকী তেঙ্গোলদদি

যুধিষ্ঠিরনচিংবসিনা পৃথিবীদা মমিং চংলবা মোইবুং থন্বা ঙাক্লনি, মসিদ নত্তনা ইন্দ্রিয় পুম্নমক্কী মপু ওইত্নুা লৈরিবা অন্তর্যামী ভগবান শ্রীকৃষ্ণ পাণ্ডবশিংগী মীচংদা মতেং পাংত্নুা লৈবা মরমদগী মখোয়না লাল অসিদা শোয়দনা জয় ফংগনি (ওইগনি) ॥ ১৪-১৬॥

কাশ্যশ্চ পরমেষ্বাসঃ শিখণ্ডী চ মহারথঃ।
ধৃষ্টদ্যুম্নো বিরাটশ্চ সাত্যকিশ্চাঽপরাজিত ॥ ১৭॥
দ্রুপদো দ্রৌপদেয়াশ্চ সর্ব্বশঃ পৃথিবীপতে।
সৌভদ্রশ্চ মহাবাহুঃ শঙ্খান্ দধ্মুঃ পৃথক্ পৃথক্ ॥ ১৮॥

অন্বয ব্যাখ্যা ঃ— পরমেষ্বাস কাশ্য চ—অথোইবা লীরুং পায়বা কাশীগী নিংথৌ, মহারথ শিখণ্ডী চ—অমসুং মহারথ শিখণ্ডী, ধৃষ্টদ্যুম্ন বিরাট চ—সেনাপতি ধৃষ্টদ্যুম্ন অমসুং বিরাট নিংথৌ, অপরাজিত সাত্যকি চ—অত্নুগা লালদা কদৌঙেদসু মাযথীবা ফংদবা সাত্যকি॥ ১৭॥ হে পৃথিবীপতে!—হে পৃথিবীগী মপু ওইত্নুা লৈরিবা ধৃতরাষ্ট্র। দ্রুপদ দ্রৌপদেয়া চ—দ্রুপদ নিংথৌ অমসুং দ্রৌপদীগী মচা মণ্ডা, মহাবাহু সৌভদ্র চ—অত্নুগা পাস্নোম য়াম্না চাউবা (কনবা) সুভদ্রাগী মচা অভিমন্যু অসিনচিংবা পুম্নমক্না, সর্ব্বশ পৃথক্ পৃথক্—মায়কৈ পুম্নমক্তগী তোপ্পা তোপ্পা, শঙ্খান দধ্মু—মোইবুং ময়াম খোংখি॥ ১৮॥

অপুনবা অর্থ ঃ— অথোইবা লীরুং পায়বা কাশীগী নিংথৌ, মহারথ শিখণ্ডী সেনাপতি ধৃষ্টদ্যুম্ন, বিরাট নিংথৌ, লালদা কদৌঙেদসু মাযথীবা ফংদবা সাত্যকি॥ ১৭॥ অত্নুগা পৃথিবীগী মপু ওইত্নুা লৈরিবা হে ধৃতরাষ্ট্র। দ্রুপদ নিংথৌ অমসুং দ্রৌপদীগী মচা মণ্ডা, সুভদ্রাগী মচা পাস্নোম চাউবা অভিমন্যু অসিনচিংবা পুম্নমক্না মায়কৈ পুম্নমক্তগী তোপ্পা তোপ্পা মোইবুং খোংখিরম্মী॥ ১৮॥

অথূপ্পা বা

সঞ্জয়না ধৃতরাষ্ট্রবু পৃথিবীপতি (পৃথিবীগী মপু ওইত্নুা লৈরিবা) হায়না কৌরি। মসিদা মাগী মনুংগী অভিপ্রায়দি নহাক্না (ধৃতরাষ্ট্রনা) অতোপ্পগী লৈবাক চুমদনা (নমদুনা) লৌরগা মপু ওইত্নুা লৈরি। মসিগী মতয় নহাক থীন্দনা ফংগদৌরি। হৌজিক ঐনা হায়রগদৌরিবা রা পুম্নমকসি নীংথিনা তাও— হায়রনি ॥ ১৮॥

পাণ্ডবশিংগী মোইবুংশিংগী মখোল অহু তারগা কৌরব তেঙ্গোলগী করম্বা দশা ওইখি হায়রসি অস্নুম্না তাকলি—

স ঘোষো ধার্ত্তরাষ্ট্রাণাং হৃদয়ানি ব্যদারযৎ।
নভশ্চ পৃথিবীঞ্চৈব তুমুলো ব্যনুনাদযন্ ॥ ১৯॥

অন্বয ব্যাখ্যা ঃ— সং তুমুল ঘোষ—পাঞ্চজন্যনচিংবা মোইবুংশিং অত্নুগী য়াম্না হোৎবা মখোল অত্নুা, নভ চ পৃথিবীং চ—আকাশ অমসুং পৃথিবী অনীমক্না, ব্যনুনাদযন্—খোম্না, য়ৈহৈলগা,

( মসিদা "অভ্যনুনাদযন" হায়নস্সু ইবা ক.ই ), ধার্ত্তরাষ্ট্রাণাং = ধৃতরাষ্ট্র মহাক্কী দুর্য্যোধন্নচিংবা লান্মী পুন্নমক্কী, হৃদযানি ব্যদারযৎ = থম্মোযশিংবু যাম্না থিনগাইখি ( অকিবা পোকহনখি ) ॥ ১৯ ॥

**অপুনবা অর্থ** —পাঞ্চজন্যনচিংবা মোইবুংশিং অদুগী যাম্না হোৌবা মখোল অদুনা আকাশ অমস্নুং পৃথিবী অনীমক্তা খোন্থাং য়েইহল্লগা দুর্য্যোধন্নচিংবা কৌরব লান্মী পুন্নমক্কী থম্মোয় থিনগাইখি ( থম্মোয়শিংবু য়াম্না অকিবা পোকহনখি ) ॥ ১৯ ॥

অথুপ্পা বা

মসিদা সঞ্জয়না ধৃতরাষ্ট্রবু তাকলি— কৌরবকী ভীষ্মনচিংবনা মোইবুং খোংখিবা মতমদদি পাণ্ডবকী লান্মীশিংদা করিমত্ত অকিবা পোকখিদে, মখোয়গী মতু ফাওবা চুংখিদে হায়বদি নাচুংবীখিদে, অদুবু পাণ্ডবশিংনা মোইবুং খোংলকপা মতম অসিদদি মহাক্কী ( ধৃতরাষ্ট্রগী ) মচা দুর্য্যোধন্নচিংবা পুন্নমকসি মথু তাবগা কিবনা থক থক নীকখি। হৌজিক লাল ফাওবা হৌদ্রিবনি, লাল হৌরবা মতুংদদি মখোয়গী দশা করি ওইগনি হায়বদু মহাক্না খন্দুনা য়েংউ ॥ ১৯ ॥

মসিগী মতুংদা অর্জ্জুন্না শ্রীকৃষ্ণগী মযমদা করি হায়জখি হায়বসি সঞ্জযনা ধৃতরাষ্ট্রবু অস্নুম্না তাকলি—

অথ ব্যবস্থিতান্ দৃষ্ট্বা ধার্ত্তরাষ্ট্রান্ কপিধ্বজঃ।
প্রবৃত্তে শস্ত্রসম্পাতে ধনুরুদ্যম্য পাণ্ডব ॥২০॥
হৃষীকেশং তদা বাক্যমিদমাহ মহীপতে ॥ ২০২ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যাঃ**— হে মহীপতে= লৈবাক্কী মপু ওইদুনা লৈরিবা হে ধৃতরাষ্ট্র। অথ= অদুগী মতুংদা, কপিধ্বজ পাণ্ডব = মাবু ঙাক্কে হায়বগীদমক মাগী ফীরান্দা হনুমান লৈরিবা পাণ্ডব অর্জ্জুন্না, ব্যবস্থিতান ধার্ত্তরাষ্ট্রান দৃষ্ট্বা = লাল তৌনবগীদমক শেম শাদুনা লৈরিবা অমস্নুং ধৃতরাষ্ট্রগী মচা দুর্য্যোধনগী মীচং ওইবা লান্মীশিংবু উরগা ধনু উদ্যম্য = অর্জ্জুন মশামকস্নু লীরুং থাঙ্গত্তূনা, শস্ত্রসম্পাতে প্রবৃত্তে = তেন্মচিংবা খূংলাই থাবা ( কাপ্পা ) হৌগৎলমদাই য়ৌরবদা, তদা হৃষীকেশং = মতম অদুদা হৃষীকেশ ভগবানবু ( ইন্দ্রিয পুন্নমক্কী মপু ওইদুনা লৈবা মরমদগী অন্তর্যামী ওইবা শ্রীকৃষ্ণবু ), ইদং বাক্যং আহ= মখাদা ইরিবা ৱাহৌশিংসি হায়জখি ॥ ২ ১ ॥

**অপুনবা অর্থঃ**— লৈবাক্কী মপু ওইদুনা লৈরিবা হে রাজন। কপিধ্বজ ( মাগী য়োং য়েকপা ফীরান্দা হনুমান লৈরিবা ) অর্জ্জুন্না লাল তৌনবগীদমক শেম শাদুনা লৈরিবা অমস্নুং ধৃতরাষ্ট্রগী মচা দুর্য্যোধনগী মীচং ওইবা লান্মীশিংবু থাপ্না উরগা অদুগা অর্জ্জুন মশামকস্নু মখূত্তা লীরুং থাঙ্গৎতুনা তেন্মচিংবা খূংলাই থাবা হৌগৎলমদাই য়ৌরবা মতম অদুমক্তদা হৃষীকেশ ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী মযমদা মখাদা ইরিবা ৱাহৌশিং অসিবু হায়জখি ॥ ২ ১ ॥

## অথুপ্পা বা

অর্জ্জুনগী বিশেষণ ওইনা পীরিবা "কপিধ্বজ" হায়বা ৱাহয় অসিদগী অর্জ্জুনসিবু লালগী মতমদা হনুমান্না ফীরান্দা ফমদুনা লৈরগা মতম পুন্নমক্তা ওাক্ত্না লৈ। মরম অসিনা অর্জ্জুনবু নচাশিংনা কদৌওদস্ম মায়থীবা পীবা ওয়োই লালদা অর্জ্জুনগী খরদ শোনবা উবমক্তদা হনুমান্না দুর্যোধনগী লান্মী পুন্নমকপু মীৎকুপ অমগী মনুংদা মাওহনবা ওমগনি হায়বসি সঞ্জয়না ধৃতরাষ্ট্রদা ইঙ্গিৎনা তাকই ॥ ২ ३ ॥

### অর্জ্জুন উবাচ

সেনযোরুভযোর্মধ্যে রথং স্থাপয মেঽচ্যুত ॥২১॥
যাবদেতান্নিরীক্ষেঽহং যোদ্ধুকামানবস্থিতান্।
কৈর্মযা সহ যোদ্ধব্যমস্মিন্ রণসমুদ্যমে ॥২২॥
যোৎস্যমানানবেক্ষেঽহং য এতেঽত্র সমাগতাঃ।
ধার্ত্তরাষ্ট্রস্য দুর্বুদ্ধের্যুদ্ধে প্রিযচিকীর্ষব ॥২৩॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — অর্জ্জুন উবাচ=অর্জ্জুনা হায়জখি, হে অচ্যুত=মফম, মতম অমসুং পোৎ পুন্নমক্তা নশক লেওদনা লৈবা হে কৃষ্ণ। সেনযো উভযো মধ্যে=তেঙ্গোল অনীসিগী মযায়দা, মে রথং স্থাপয়=ঐগী দোলায় অসিবু থৌদুনা পুৱগা থম্বীয়ু (থাবিয়ু) ॥ ২১ ॥ অস্মিন রণসমুদ্যমে=মৱমদি— লাল তৌগনি (শোক্লগনি) হায়না হোৎনরিবসিদা, ময়া সহ=ঐগা লোযননা, কৈ যোদ্ধব্যম =কনা কনা লাল তৌগদগে হায়বসি, যোদ্ধুকামান অবস্থিতান এতান=লাল তৌনীংদুনা মফম অসিদা লাক্লিবা মখোয়শিংসিবু যাবৎ=মতম অসিদা অহং নিরীক্ষে=নীংথিনা য়েংদুনা ঐ খংজগে ॥ ২২ ॥ দুবুদ্ধে ধার্ত্তরাষ্ট্রস্য=ফত্তবা বুদ্ধি থম্বা (পুকচেল ফত্তবা) ধৃতরাষ্ট্রগী মচা দুর্যোধনগী, যুদ্ধে প্রিযচিকীর্ষব =লালসিদা অপাম্বা তৌনীংদুনা অত্র সমাগতা =মফম অসিদা লাক্তুনা তিল্লিবা, যে এতে = মখোয়শিংনি (তান) যোৎস্যমানান=মৱম অসিনা লাল তৌগদৌরিবা মাখোযশিংদুবু অহং অবেক্ষে=ঐ য়েংজগে ॥ ২৩ ॥

অপুনবা অর্থ ° — অর্জ্জুনা হায়জখি— হে অচ্যুত কৃষ্ণ। তেঙ্গোল অনীসিগী মযাযদা ঐগী দোলায়সিবু থৌদুনা পুৱগা থম্বীয়ু ॥ ২১ ॥ মৱমদি—লাল তৌগনি হাযনা হোংনরিবসিদা ঐগা লোয়ননা কনা কনা লাল তৌগদগে হায়বসি লাল তৌনীংদুনা মফম অসিদা লাক্লিবা মখোয়শিংসিবু মতম অসিদা নীংথিনা য়েংদুনা ঐ খংজগে ॥ ২২ ॥ ফত্তবা বুদ্ধি থম্বা দুর্যোধনগী লালসিদা অপাম্বা তৌনীংদুনা মফম অসিদা লাক্তুনা তিল্লিবা মখোযশিংনি ; মৱম অসিনা লাল তৌগদৌরিবা মখোয়শিংসিবু ঐ য়েংজগে ॥ ২৩ ॥

## অথুপ্পা বা

অর্জ্জুন্না ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু "অচ্যুত হায়না কৌরিবসিগী মরমদি— ভগবান অসি মফম, মতম অমসুং পোং পূম্নমক্তা মশক লেঙদনা লৈ মরম অসিদগী য়েক্লবশিংগী মমাঙদা তুমিন্না থুংগু-খুংলাই অমত্ত শীজিন্নদনা চংলবসু (লৈরবসু) মখোযনা ভগবানগী অমাঙবা অমত্ত তৌবা ঙম্মোই তাকপনি। মসিদ নত্তনা সংসার পূম্নমক্কী মপু ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণবু অচম্বা সারথি অমগী মতৌগুম অর্জ্জুন্না রথ থৌদূনা চংলু হায়রি। মতুদা ভগবানসু করিসু শাউদনা অর্জ্জুন্না তাকপা মতুং ইন্না রথ থৌদূনা চংলি। মসিদগী ঐখোয়না ভগবান অসি ভক্তশিংগী মখা পোন্দুনা লৈ অমসুং মখোযনা ক্ষৌহন্নীংবা থবক তৌই হায়বসি মীংথিনা খঙবা ঙম্মী। অদুগা অসিগুম্বা ভগবান্না মতেং পাংদুনা লৈরিবা পাণ্ডবশিংনা লালসিদা শোয়দনা জয় ওইগনি হায়বসিসু সঞ্জয়না ধৃতরাষ্ট্রদা খঙহল্লি ॥ ২১ ২৩ ॥

অর্জ্জুন্না অসুম্না হায়জরবদা ভগবান্না করি তৌগদগে অমসুং হাযখিবগে হায়বসি সঞ্জয়না ধৃতরাষ্ট্রবু অসুম্না শাযরি—

### সঞ্জয় উবাচ

এবমুক্তো হৃষীকেশো গুডাকেশেন ভারত।
সেনযোরভযোর্মধ্যে স্থাপয়িত্বা রথোত্তমম্ ॥ ২৪ ॥
ভীষ্মদ্রোণপ্রমুখতঃ সর্ব্বেষাঞ্চ মহীক্ষিতাম্
উবাচ পার্থ পশ্যৈতান্ সমবেতান্ কুরূনিতি ॥ ২৫ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — সঞ্জয় উবাচ = সঞ্জযনা 'হায়খি— ভারত = ভরতকী শাগৈদা পোকপা হে ধৃতরাষ্ট্র। গুডাকেশেন = তুম্ববু খুহুম চন্দুনা থম্লিবা অর্জ্জুন্না এবং উক্ত হৃষীকেশ = অসুম্না হাযজখিবা হৃষীকেশ ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা সেনয়ো উভয়ো মধ্যে = তেঙ্গোল অনীদুগী ময়ায়দা, ভীষ্মদ্রোণ-প্রমুখত = ভীষ্ম অমসুং দ্রোণগী মমাঙদা মহীক্ষিতাং চ সর্ব্বেষাম (প্রমুখত) = অদুগা নিংথৌ পূম্নমক্কীসু মমাঙদা রথোত্তমম স্থাপয়িত্বা = অগ্নিদেবনা পীবা খ্বাইদগী অথোইবা দোলায় অদুবু থৌদূনা পুরক্তুনা থম্লগা (খাম্লগা), পার্থ = পৃথা (কুন্তী) গী মচা হে অর্জ্জুন। এতান সমবেতান কুরূন পশ্য = তিন্দুনা লৈরিবা কুরুশিংসিবু য়েংলো হতি উবাচ = অসুম্না হায়বিখি ॥ ২৪ ২৫ ॥

**অপুনবা অর্থ** — সঞ্জয়না হায়খি— ভরতকী শাগৈদা পোকপা হে ধৃতরাষ্ট্র। তুম্ববু খুহুম চন্দুনা থম্লিবা অর্জ্জুন্না মতৌ অসুম্না হায়জখিবা হৃষীকেশ ভগবান্না তেঙ্গোল অনী অদুগী ময়ায়দা ভীষ্ম দ্রোণ অমসুং নিংথৌ পূম্নমক্কী মমাঙদা খ্বাইদগী অথোইবা দোলায়দুবু থৌদোক্তুনা পুরক্লগা অমসুং থম্লগা "হে অর্জ্জুন। তিল্লরিবা কৌরব অমসুং পাণ্ডবশিং অসিবু য়েংলো অসুম্না হায়বিখি ॥ ২৪ ২৫ ॥

অপূন্না ৱা

মসিদা সঞ্জয়না অর্জুনবু "গুডাকেশ" (তুম্নবু থুহম চন্দুনা থম্বা) হায়বসিদগী অর্জুনসি মতম পুম্নমক্তা য়াম্না চেকশিন্না লৈ, মথৌ তৌবদা কদোম্ভেদস্সু তনবা অমস্সু, লায়থোকপা তৌদে, মরম অসিনা অসিগুম্বা মীনা লমজিংতুনা থম্লিবা পাণ্ডবকী তেঙ্গোলনা মায় পাকপা ফংগনি হায়বসি ধৃতরাষ্ট্রবু তাকই ॥ ২৪ ২৫ ॥

শ্রীভগবানগী য়াথং ফংলবদা অর্জুননা তেঙ্গোল অনীগী মনুংদা কনা কনাবু উরম্মি হায়বসি সঞ্জয়না অসুম্না তাকই—

তত্রাপশ্যৎ স্থিতান্ পার্থঃ পিতৄনথ পিতামহান্।

আচার্য্যান্মাতুলান্ ভ্রাতৄন্ পুত্রান্ পৌত্রান্ সখীংস্তথা।

শ্বশুরান্ সুহৃদশ্চৈব সেনয়োরুভয়োরপি ॥ ২৬॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— অথ পার্থ — মহুগী মতুংদা পৃথাগী মচা অর্জুননা, তত্র উভয়ো শেনয়ো অপি — তেঙ্গোল অনীমক অহুগী মনুংদা, স্থিতান — পুন্দুনা লৈরিবা, পিতৄন — মপাশকপা মখুরাশিং পিতামহান — মবুধৌশিং, আচার্য্যান — আচার্য্য গুরুশিং, মাতুলান — মামশিং, ভ্রাতৄন — মচীন-মনাওশিং পুত্রান পৌত্রান — মচা মশুশিং তথা সখীন — অহুগা লেংমান্নবা মরূপশিং, শ্বশুরান — মকুবোকশিং, সুহৃদ চ = অমস্সুং চান্নথোইবা মরূপ মপাংশিং অপশ্যৎ = মথোয় পুম্নমক অসিবু উখি ॥ ২৬॥

অপূনবা অর্থ ঃ— মহুগী মতুংদা অর্জুননা তেঙ্গোল অনীমক্কুগী মনুংদা তিন্দুনা লৈরিবা মপাশকপা মখুরাশিং, মবুধৌশিং, আচায্য গুরুশিং, মামশিং মচীন মনাওশিং মচা মশুশিং, লেংমান্নবা মরূপশিং মকুবোকশিং অমস্সুং চান্নথোইবা মরূপ-মপাংশিং পুম্নমকসিবু উখি ॥ ২৬॥

মথোযশিং অহুবু উরগা অমস্সুং অমনা অমবু হাৎকদৌরিবহু খল্লগা মহা পাপনি থন্দুনা মথোয়গী মফমদা নুংশিবীবদগী অমস্সুং মথোযদগী কায়নথ্রগনি হায়না ৱাবদগী মাগী মথৌমক ওইরিবা লাল অহুদগী অর্জুননা পুক্নীং চিংথোকখ্রে (মথৌদা পুক্নীং লৈতারক্রে) হায়বা উংলি—

তান্ সমীক্ষ্য স কৌন্তেয় সর্ব্বান্ বন্ধুনবস্থিতান্।

কৃপযা পরযাহবিষ্টো বিষীদন্নিদমব্রবীৎ ॥ ২৭॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — স কৌন্তেয় — কুন্তীগী মচা অর্জুনহুনা, অবস্থিতান — লালফম অহুদা তিন্দুনা লৈরিবা, তান সর্ব্বান্ বন্ধুন সমীক্ষ্য — মরূপ মপাংশিং মথোয় পুম্নমক্কুবু উরগা, পরয়া কৃপযা আবিষ্ট — মাগী পুক্নীংদা থোইদোকপা থোজাল ল্লাক্কুনা, বিষীদন ইদং অব্রবীৎ — ৱারগা (ৱাখিবদগী) অসুম্না মখাগী ৱাশিংসি হায়খি ॥ ২৭॥

**অপূনবা অর্থ**—কুন্তীগী মচা অর্জ্জুনহৌনা লালযম অহৌদা তিন্দুনা লৈরিবা মরূপ মপা.শিং মখোয় পূম্মমকপু উরগা মাগী পুক্নী.দা থোইদোকপা থৌজাল লাক্ত.না রাখিবদগী মখাগী রাহয়শিং অসি হায়খি ॥ ২৭॥

**অথুপ্পা ম্রা**

নুপীশিং দা হৌনশা ওইনা নুংশিহৈবা লৈবহৌ ঈখঙ খঙহৌদনা মমাদগী লৌনুমা অর্জ্জুনদুমা লাকখি হায়বসি তাক্লবগীদমক সঞ্জয়না অর্জ্জুনবু মমাগী মরী পন্দুনা "কৌন্তেয়" হায়রিবনি ॥ ২৭॥

অর্জ্জুন্না মমাদগী মঙোন্দা লাকপা নুংশিহৈবহৌ ফোঙদোক্ত.না করি হায়জখি হায়বসি "অর্জ্জুন উবাচ অসিদগী হৌহৌনা যদি মামপ্রতীকারম শ্লোক ৪৬ ফাওবদা সঞ্জয়না ধৃতরাষ্ট্রবু তাক্লি—

**অর্জ্জুন উবাচ**

দৃষ্ট্বেমং স্বজন কৃষ্ণ যুযুৎসুং সমুপস্থিতম্ ।
সীদন্তি মম গাত্রাণি মুখঞ্চ পরিশুষ্যতি ॥ ২৮ ॥
বেপথুশ্চ শরীরে মে রোমহর্ষশ্চ জায়তে ।
গাণ্ডীবং স্রংসতে হস্তাৎ ত্বক্ চৈব পরিদহ্যতে ॥ ২৯ ॥
ন চ শক্নোম্যবস্থাতুং ভ্রমতীব চ মে মন ।
নিমিত্তানি চ পশ্যামি বিপরীতানি কেশব ॥ ৩০ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — অর্জ্জুন উবাচ = অর্জ্জুন্না হায়জখি— কৃষ্ণ = ভক্তশিংগী অৱাবা পুম্মমকপু চিংথোক্ত.না (অৱাবা) কোকহনবীবা হে ভগবন । যুযুৎসুং সমুপস্থিতং = লাল শোক্লনীংবদগী লাক্ত.না তিল্লিবা ইমং স্বজনং দৃষ্ট্বা = ঐগা মরী থম্নবা (থোক্লবা) মরূপ মপাংশিংসিবু উরগা, মম গাত্রাণি সীদন্তি = ঐগী হকচাংগী কাযাৎ পূম্মকসি ঈচোক চোকথরে মুখং চ পরিশুষ্যতি = চীশ্বাল অমসুং খৌনাউ পূমক কংলে ॥ ২৮॥ মে চ শরীরে = অহৌগা ঐগী হকচাংদা বেপথু রোমহর্ষ চ জায়তে = নীকপা (হকচাং তনীক তনীকপা) অমসুং তুচুংবা পোক্লে, হস্তাৎ গাণ্ডীব স্রংসতে = খুত্তগী গাণ্ডীব লীক্ল, নাম্থখ্রে ত্বক চ এব পরিদহ্যতে = অমসুং উনশাসিসু যাম্না চাকলে (যাম্না ওলাঙ ওনশাউরে) ॥ ২৯ ॥ অবস্থাতুং চ ন শক্নোমি = অহৌগা এ মফম অসিদা হকচাং পুহৌনা লৈবা ঙমদ্রে মে চ মন ভ্রমতি ইব = অহৌগা ঐগী মনসি (পুক্নীংসি) কোযচং চত্ত.না (পুক্নীং লৈতাদহৌনা) ঙাওবগুম তৌরে, কেশব = ফত্তবা মীশিংবু লাকশিন্দুনা ভক্তশিংবু ঙাকপীরিবা হে ভগবন। বিপরীতানি চ নিমিত্তানি = মসিদগী হেন্দোক্ত.না ফত্তবা খুদম ওযথংবা মীৎ চোংবনচিংববুসু, পশ্যামি = ঐনা খঙজরি, উজরি ॥ ৩০ ॥

**অপূনবা অর্থ** — অর্জ্জুন্না শ্রীভগবানগী মফমদা হায়জখি— হে কৃষ্ণ। লাল শোক্লনীং বদগী লাক্ত.না তিল্লিবা মরূপ-মপাংশিংসিবু উরগা ঐগী হকচাং পুম্মমকসি ঈচোক চোকথগ্রে অমসুং চীন খৌনাউসু পুমক কংলে। ২৮। অহৌগা ঐগী হকচাংসিদা নীকপা অমসুং তুজুংবা পোক্লে,

খুত্তগীস্থ গাণ্ডীব লীরু, নাম্বত্রে অমস্থু, উনশাসিস্থ য়াম্না চাক্লে । ২৯ । অদুগা ঐ মফমসিদা হকচা, পুহ্না লৈবা ওয়ক্লে অমস্থু, ঐগী মনসি কোযচং চত্তুনা (পূক্লী, লৈতাদহনা) ভাওবগুম তৌরে। হে কেশব। মসিদগী হেন্দোক্লূনা ফত্তবা খুদম ওযথ,বা মী, চো,বনচি,ববুস্থ ঐনা উাশল্লক্লে । ৩০ ॥

ত্যথাগ্গা বা

অর্জ্জুন্না মাগী মশা ককচা,হবু আত্মানি খন্দূনা অমস্থু, মফম অহুদা তিল্লিবা মরূপ মপা,শি,গী হকচা,শি,বু মাগা মরী লৈনবনি লেপ্পুনা আত্মাবু নী,থিনা খওদবদগী লাল অসিদা মাগী অমস্থু, মরূপ মপা,শি,গী হকচা,শি, মাঙগদৌরি খল্লুবদগী য়াম্না রাখীহনা ক্ষত্রিয়শি,গী তৌবা হৌনবা মথৌ অহু থাদোক্লী,ই। অদুগা মাম্না রারিবহ্গী খুদমশি,হবু শ্লোক অঙম অসিদা ভগবানগী মফমদা হজংচরিবনি। মসিদা মানা অথোইবা ওইনা "গাণ্ডীব লীরু, খুত্তগী নাম্বত্রে হায়বসিদগী খাঙবা ওমদবা অরাবা অমস্থু, "উনশা চাক্লে" হায়বসিদগী পূক্লীং লৈতানা লৈবা ওমলববু তাকই। অসিগুম্বা অরাবা তাবা মতমদা ভক্তশি,গী অরাবশি,বু কোকহনবীবা ওম্বা মহাক (ভগবান) নত্তনা অতোপ্পা অমা লৈতে হায়বসি খওহন্নী,বদগী অর্জ্জুন্না ভগবানবু "হে কৃষ্ণ অমস্থু, "হে কেশব হায়না কৌরিবনি । ২৮ ৩ ।

মতৌ অস্থুম্না অর্জ্জুন্না মাগী মথৌ তৌনী,দবদা মরম ওইনা লৈরিবা অরাবহ উৎলগা হৌঙ্কিক মথৌনি হায়না লেপ্লিবা লাল অহু অশে,বমক্তি পাপকী মশক্লী খন্দূনা মহ তৌনী,দবগী রা তশে,-তশে,না তাক্তুনা ভগবানবু অস্থুম্না হায়রি—

> ন চ শ্রেয়োঽনুপশ্যামি হত্বা স্বজনমাহবে ॥ ৩১ ॥
> ন কাংক্ষে বিজয়ং কৃষ্ণ ন চ রাজ্যং সুখানি চ।
> কিংনো রাজ্যেন গোবিন্দ কিং ভোগৈর্জীবিতেন বা ॥ ৩২ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — আহবে চ স্বজন, হত্বা=অদুগা লালফমসিদা ঈশাগা মরী থম্নবা মরূপ মপা,শি,বু হাৎলগা শ্রেয় ন অনুপশ্যামি=অফবা ওইগনি হায়বসি যাম্না বিচার তৌহনা য়ে,লবগী মতু,দস্থ ঐনা উজদ্রে। ৩১ ॥ মরম অসিনা হে কৃষ্ণ। বিজয়, ন কা,ক্ষে=লাণ ওম্বসি ঐনা পামজদ্রে রাজ্য, চ সুখানি চ ন (কা,ক্ষে)= অদুগা লৈবাক অমস্থু, নু,ঙাইববুস্থ ঐনা পামজদ্রে হে গোবিন্দ =ইন্দ্রিয় পুম্নমক্কী চওজফম ওইহনা মথোয় পুম্নমক্তা শীনবা থু,না লৈরিবা হে কৃষ্ণ। রাজ্যেন ন কি,= লৈবাক অসিনা ঐথোয়গী করি কান্নগনি? ভোগৈ জীবিতেন বা কিম=স,সারগী ভোগশি,দগী মত্রগা হি,হনা লৈবসিদগীস্থ করি কান্নগনি? ।৩২॥

অপুনবা অর্থ :— অদুগা লালফমসিদা ঈশাগা মরী থম্নবা (মরী মতা) মরূপ মপা,শি,বু হাৎলগা অফবা ওইগনি হায়বসি য়াম্না মুম্না বিচার তৌহনা য়ে,লবগী মতু,দস্থ ঐনা উজদ্রে ॥ ৩১ ॥

মরম অসিনা হে কৃষ্ণ। লাল ঙম্বসি ঐনা পামজদ্রে, অদুগা লৈবাক অমসুং মুংঙাইববুসু ঐনা পামজদ্রে। হে গোবিন্দ। লৈবাক অসিনা ঐখোয়গী করি কান্নগনি? সংসারগী ভোগশিংদগী নত্রগা হিংদুনা লৈবসিদগীসু করি কান্নগনি? ॥ ৩২ ॥

**অথূপ্পা বা**

মী পুম্নমক্না মাগী মাগী শাগে নাতে মরূপ মপাংনচিংববু ঙাক্তুনা লৈগদবনি, মসি মখোয়গী মথৌনি সংসারগী খরা নুংঙাইবা ফংনবগীদমক মখোয়বু লালদা হাংপসিদি চুমদে, অদুগা মসিদগী অফবা ওইগনি হায়বসু য়াদে। মরমদি—

দ্বাবিমৌ পুরুষৌ লোকে সূর্য্যমণ্ডলভেদিনৌ।
পরিব্রাড যোগযুক্তশ্চ রণে চাভিমুখো হতং॥

যোগা ভ্যাস তৌদুনা লৈবা সন্ন্যাসী অমসুং লালদা মায় ওন্দনা হাংখিবা মী অনীসি সূর্য্যমণ্ডল ফাওদুনা চংলগা অফবা গতি ফংই হায়বা শাস্ত্রসিসু লালদা হাত্তুনা শিখিবা মী অদুগীদমক্তী, লৈহৌরিবা মীহাংপা অদুগী নত্তে। মরম অসিনা মহাপাপকী থবকসি তৌদনা উমংদা উহৈ রাহৈ চাদুনা লৈবদুনা হেন্না ফগনি হায়বসি অর্জ্জুন্না নী লিবনি (খল্লিবনি)। অদুগা মহাক্না শ্রীকৃষ্ণবু গোবিন্দ" হায়না কৌরগা যা ইন্দ্রিয়াণি সর্ব্বত্র অধিষ্ঠানতয়া নিত্যং বিন্দতি ব্যাপ্নোতীতি গোবিন্দ হায়বদি নহাক্তি ইন্দ্রিয় পুম্নমক্কী চঙজফম ওইদুনা মখোয় পুম্নমক্তা মতম পুম্নমক্তা শীনবা ?ংনা লৈবদগী ঐগী পুক্নীংদা রারিবসি নহাক্না শোয়দনা খঙলিবনি" হায়বসিসু ভগবানবু তাক্লিবনি ॥ ৩১ ৩২ ॥

অর্জ্জুন্না লৈবাক্লচিংবা পামদবগী মরম অসুম্না তাকই—

যেষামর্থে কাংক্ষিতং নো রাজ্যং ভোগা সুখানি চ।
তে ইমেঽবস্থিতা যুদ্ধে প্রাণাংস্ত্যক্ত্বা ধনানি চ ॥ ৩৩ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** —যেষাং অর্থে=মখোয়গীদমক ন রাজ্যং কাংক্ষিতম্=ঐখোয়না লৈবাক পাম্লম্লিবনি, ভোগা সুখানি চ (কাংক্ষিতম)=অদুগা সাংসারিক ভোগ অমসুং নুংঙাইবা পুম্নমক পাম্লম্লিবনি ॥ ৩২ ॥ তে ইমে—অদুবু মখোয় পুম্নমকসি ধনানি প্রাণান চ ত্যক্ত্বা—লল থুম অমসুং মথায় ফাওবগী অপাম্বা থাদোক্তুনা যুদ্ধে অবস্থিতা —লালফম অসিদা লাক্লে ॥ ৩৩ ॥

**অথূপ্পা বা**

অর্জ্জুন্না হায়রিবা রাসিদগী মখোয়না লৈবাক্লচিংবা পাম্লিবহ্ মখোয় মশাগীদমক নত্তে, মখোয়গী অহল লমন শাগে নাতে অমসুং মরূপ মপাং পুম্নমকপু য়োক থাক্তুনা নুংঙাইহনগে নীংদুনা তৌবনি হায়বসি অশেং অশেংনা তাকই ॥ ৩৩ ॥

মখোয়গীদমক অর্জ্জুন্না লৈবাক্লচিংবা পাম্লম্লিবা মীশিং অদু কনা কনানো হায়বসি মহাক্না অসুম্না তাক্লি—

আচার্য্যাঃ পিতরঃ পুত্রাস্তথৈব চ পিতামহাঃ।
মাতুলাঃ শ্বশুরাঃ পৌত্রা শ্যালাঃ সম্বন্ধিনস্তথা ॥ ৩৪ ॥
এতান্ন হন্তুমিচ্ছামি ঘ্নতোঽপি মধুসূদন।
অপি ত্রৈলোক্যরাজ্যস্য হেতোঃ কিং নু মহীকৃতে ॥ ৩৫ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা**ঃ—আচার্য্যা পিতর পুত্রা =আচার্য্য গুরুশিং, ঈপাশকপা ঈশুবাশিং, ঈচাশিং, তথা এব চ পিতামহা =অদুগা মতৌ অস্মুম্না ঈবুধৌশিং, মাতুলা শ্বশুরা পৌত্রা =মামশিং ঈকুবোকশিং, ঈশুশিং, শ্যালা তথা সম্বন্ধিন =ঈশেল ঈবাইশিং অদুগা মরী লৈনবা মরূপ মপাংশিং (পুম্নমক অসি লালফমসিদা লাক্লে) ॥ ৩৪ ॥ মরম অসিনা—হে মধুসূদন=মধু কৌবা হিংচাববু হাংপিখিবা হে ভগবন। ঘ্নত অপি=মখোয়না ঐবু হাংলবস্সু ঐদি, এতান =মখোয়বু ত্রৈলোক্যরাজ্যস্য হেতো অপি=স্বর্গনচি বা লোক অহুম ফংনবগীদমকস্সু, হন্তুং ন ইচ্ছামি=হাংপসি পামদে কিং নু মহীকৃতে=পৃথিবী অসিবু ফংনবগীদমক্তি করি অমুক হায়গনি? হায়বদি পৃথিবী সিবু ফংনবগীদমক মখোযবু হাংপসি সুকপাম পামদে ॥ ৩৫ ॥

অতোপ্পশিংবু থাদোক্লগা ধৃতরাষ্ট্রগী মচা দুর্য্যোধন্নচিংববুদি হাংলু, মরমদি মখোয় অসি য়াম্না ফত্তবা মীশিংনি, মখোয়গী মরমদগী শাগে অসি মাঙগদৌরিবনি— হায়না ভগবান্না হায়রবদি, মতুদা অর্জুন্না অস্মুম্না পাউখুম পী—

নিহত্য ধার্ত্তরাষ্ট্রান্ন কা প্রীতি স্যাজ্জনার্দন।
পাপমেবাশ্রয়েদস্মান্ হত্বৈতানাততায়িনঃ ॥ ৩৬ ॥
তাস্মান্নার্হা বয়ং হন্তুং ধার্ত্তরাষ্ট্রান্ স্ববান্ধবান্।
স্বজনং হি কথং হত্বা সুখিন স্যাম্ মাধব ॥ ৩৭ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — জনার্দন = ফত্তবা মীশিংবু লাকশিনবীদুনা অমস্তং মোইহত্তুনা থম্বীরিবা হে ভগবন। ধার্ত্তরাষ্ট্রান নিহত্য=ধৃতরাষ্ট্রগী মচা দুর্য্যোধন্নচিংববু হাংলগা, ন কা প্রীতি স্যাৎ =ঐখোযগী করম্না পেনবা ওইগনি? (করিস্সু পেনবা ওইরোই), এতান আততায়িন হত্বা =আততায়ী ওইবা মখোয়শিংসিবু হাংলগা অস্মান পাপং এব আশ্রয়েৎ =ঐখোয়দা পাপ শোয়দনা লাক্কনি ॥ ৩৬ ॥ হে মাধব = হে লক্ষ্মীগী মপু ওইবা। তস্মাৎ = মরম অসিনা, ধার্ত্তারাষ্ট্রান স্ববান্ধবান হন্তুং =ঐখোয়গী মরী লৈনবা (মরী মতা ওইবা) ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিংবু হাংপসি, বয়ং ন অর্হা =ঐখোয়না তৌবা হৌনদে, হি =মসিগী মরমদি, স্বজনং হত্বা=ঐখোযগী মরী লৈনবা মীশিংবু হাংলগা, কথং সুখিন স্যাম=ঐখোয়না করম্না নুংঙাইনা লৈবা ঙমগনি? (কদৌঙৈদস্সু নুংঙাইনা লৈবা ঙম্মোই) ॥ ৩৭ ॥

**অপুনবা অর্থ** — হে জনার্দন! ধৃতরাষ্ট্রগী মচা দুর্য্যোধন্নচিংববু হাংলগা ঐখোয়গী করম্না অপেনবা লৈগনি? (করিমত্ত পেন্নোয়), আততায়ী ওইরবস্সু মখোয়শিংসিবু হাংলগা ঐখোয়দা পাপ

শোয়দনা লাক্কনি ॥৩৬॥ হে মাধব। মরম অসিনা এখোয়গী মরী লৈনবা ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিংবু হাংদোকপসি এখোয়না তৌবা চুমদে মরমদি— এখোয়গী মরী মতা থোকপা মীশিংবু হাৎলগা এখোয়না করম্না নুংঙাইনা লৈবা ঙমগনি ॥৩৭॥

অথল্লা বা

হৌজিক মতম খবা শিংদুনা লৈরিবঁদি দা মীগী মীৎয়েংদা খরা নুংঙাইবা অমস্নুং তৌবা ঙম্বা উৎননবগীদমক লল থুম অমস্নুং লৈবাক পামদুনা শাগে নাতৈশিংগী মীশিংবু হাৎপসিদি য়াম্না পঙবা মীশিংগী থবক্কি মসিবু লৌশিং লৈবা মীশিংনা কদোউঙেদস্নু তৌরোই তৌবা থোক্লবদি মতম কুইনগীদমক নরক ফংদুনা লৈবা শোযদবনি। মখোযসিবু ফত্তবনি খন্দুনা হাৎপা পাম্লবদি হে কৃষ্ণ। নঙ নশামক্না মখোযবু হাৎপিযু মখোযবু হাৎপদা নঙোন্দা করিগুম্বা পাপ অমত্তা লাক্লোই। মরমদি নহাক মতম পম্লমক্তা ফত্তবা মীশিংবু লাকশিন্দুনা থম্মীরিবনি। মসিদস্নু নত্তে নহাক্কি মহাপ্রলয়গী মতমদা জীব পূম্নমকপু নোইথত্তনা যাঙহল্লিবনি দুর্যোধনচিংবা মী খরদং হাৎপসিদি নহাক্কীদমক করিস্নু লৈতবা বানি শাযবসি খঙদুনী্দুনা অর্জুন্না ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু মফম অসিদা 'হে জনার্দন যনা কৌরিবনি ॥৩৭॥

মসিদা অর্জুনগী পূক্নীংগী বা অসিবু খঙদুনা কৃষ্ণ ঐদি লাল অসিদা করিগুম্বা খুৎলাই অমত্তা থাঙ্গৎলোই (পাযরোই) অমস্নুং কনা অমত্তবুস্নু শাৎলোই যনা বাশক্নুনা লৈরিবনি। (অর্জুন) নংনমক দুর্যোধনচিংববু শাৎলু আততায়ীশিংবু শাৎপদা পাপ অমত্তা লৈতে। শাস্ত্রদা আততায়ী কনানো অমস্নুং মখোযবু হাৎপদা পাপ অমত্তা লৈতে হায়বদি অস্নুম্না তাক্লি—

অগ্নিদো গবদশ্চৈব শস্ত্রপাণির্ধনাপহ।
ক্ষেত্রদারাপহারী চ ষড়েতে আততায়িনঃ।

'যুম মৈ থাবা, হূ পীবা শাৎকে হাযদুনা খুৎলাই পাযদুনা লাকপা লল থুম হূন্নানবা লৈবাক মুন্দুনা লৌবা (লম হূবা) অমস্নুং নুপীবু নমদুনা হূবা তরুক অসি আততাযীনি।

হাযরিবা তরুক অসি অমমম ওইনা আততাযীনি অদুবু দুর্যোধনচি বা অসিদি তরুকমকপু পুন্নপ পূন্না তৌবা মরমদগী মশা আততাযীনি। মখোযনা নখোযবু শাৎননবগীদমক বরুণাব্রতদা যুম মৈ থাখি অঙাং ওইরিঙৈদা ভীমবু হূ পীজখি হৌজিক নখোযবু হাৎকে হাযদুনা খুৎলাই পায়দুনা লাক্কনি নমথাক তৌদুনা লল থুম অমস্নুং লৈবাক মুন্দুনা লৌরগা লৈরি অদুগা জযদ্রথগা তা নদুনা দ্রৌপদীবু হূমনবস্নু হোৎনখি।

আততায়িনমায়ান্তং হন্যাদেবাহবিচারয়ন্
নাহহত্তাযিবধে দোষো হন্তুর্ভবতি কশ্চন॥
(মনু ৮ ৩৫, ৩৫৯)

"লাকইবা আততায়ীবু বিচার শূকতৌ তৌদনা খূদক অহুমক্তদা হাৎকদবনি। আততায়ীবু হাৎ পদা করিগুম্বা দোষ (পাপ) অমত্ত লৈতে।" অসুম্না ভগবাননা হায়বা থোক্লবদি— মহুদা অর্জ্জুনা অসুম্না খুদম পীই— ভগবন ! নহাক্না হায়রিবা প্রমাণসিদি অর্থ-শাস্ত্রগীনি ( লল-থুমগা মরী লৈনবা শাস্ত্রগীনি ), ধর্ম্মশাস্ত্রগী নত্তে। ধর্ম্মশাস্ত্রদদি "ন হিংস্যাৎ সর্ব্বা ভূতানি"—"কনাগুম্বা প্রাণী ( থরায় পানবা ) অমত্তবু হাৎকনু" তাকলি। অহুগা "অর্থশাস্ত্রাদ বলবদ্ ধর্ম্মশাস্ত্রমিতি স্থিতিঃ —অর্থশাস্ত্রদগী ধর্ম্মশাস্ত্রনা থোইনা হেন্না কল্লী" হায়না শাস্ত্রনা লাউরি। মরম অসিনা আততায়ী ওইরবসু মখোয়বু হাৎপদা ঐখোয়দা শোয়দনা পাপ লাক্কনি।

অহুগা লল থুমগী মরমদদি— নহাক লক্ষ্মীগী মপু ওইবা মরমদগী নহাক্কী থৌজান্দগী মহু ঐখোয়গী করিমত্ত রাংপা লৈরোই হায়বসি খঙহন্নবগীদমক অর্জ্জুনা শ্রীভগবানবু "হে মাধব" কৌরিবনি। ৩৬-৩৭।

মঙনা হায়রিবা রাশি অসিদি ক্যবু অনীমকসিদা চপ মান্ননা থোকই , অহুবু মখোয়নদি মসিগী মরমদা খল্লগা নহাক্কনা খল্লিবসি করি মরমদগীনো— হায়না হংবা থোক্লবদি , মহুদা অর্জ্জুনা অসুম্না পাউখুম পীরি—

যদ্যপ্যেতে ন পশ্যন্তি লোভোপহত চেতসঃ।
কুলক্ষয়কৃতং দোষং মিত্রদ্রোহে চ পাতকম্॥ ৩৮॥

কথং ন জ্ঞেয়মস্মাভিঃ পাপাদস্মান্নিবর্ত্তিতুম্।
কুলক্ষয়কৃতং দোষং প্রপশ্যদ্ভির্জনার্দন ॥ ৩৯॥

অন্বয় ব্যাখ্যা :— যদ্যপি—অহুবু, লোভোপহতচেতস এতে—অপাম মিহৌবনা পুক্নীংদা অফ-ফত্ত বিচার লৈখিদবা মরমদগী মখোয়না (দুর্য্যোধনচিংবনা), কুলক্ষয়কৃতং দোষং—শাগে মাঙবদগী ওইরক্কদবা দোষ, মিত্রদ্রোহে চ পাতকং—অমসুং মরূপ মপাংশিংগী থাজবা মাঙহনবদগী ওইগদবা পাপসিবু ন পশ্যন্তি—উদে ( খঙদে ) ॥ ৩৮॥ মহুমক ওইরবসু হে জনার্দন। কুলক্ষয়কৃতং দোষং—শাগে মাঙবদগী ওইরক্কদবা দোষ অসিবু, প্রপশ্যদ্ভি অস্মাভি = নীংথিবা উরিবা ঐখোয়না, অস্মাৎ পাপাৎ নিবর্ত্তিতুম —পাপ অসিদগী হন্দোকপা হৌনৈ ( পাপ তৌরোইদবনি ) হায়বসিবু, কথং ন জ্ঞেয়ম = কয়ম ভৌনা খঙডোই ( শোয়দনা খঙবা চুম্নী ) ॥ ৩৯॥

অপুনবা অর্থ :— অহুবু অপাম মিহৌবনা পুক্নীংদা অফ-ফত্ত ( বিচার রাখল ) লৌখিদবা মরমদগী দুর্য্যোধনচিংবা মখোয়সিনা শাগে মাঙবদগী ওইরক্কদবা দোষ অমসুং মরূপশিংগী থাজবা মাঙহনবদগী ওইগদবা পাপসিবু উদে ( খঙদে ) ॥ ৩৮॥ মহুমক ওইরবসু হে জনার্দন। শাগে মাঙবদগী ওইরক্কদবা দোষসিবু নীংথিনা উরিবা ঐখোয়না পাপ অসিদগী হন্দোকপা হৌনৈ হায়বসিবু কয়ম্না খঙডোই ( শোয়দনা খঙবা চুম্মি )। ৩৯॥

অথূপ্পা ৱা

ক্ষত্রিয়স্য যুদ্ধং ধর্ম্মো বিজিতঞ্চ ধনং-ধর্ম্ম্যম্

"ক্ষত্রিয়শিংগীদি লাল তৌবসি ধম্মনি অহুগা মহুদা ফংবা লল য়ুমস্য ধর্ম্ম কায়দবনি হায়বা ধর্ম্মশাস্ত্র লৈ অহুবু হৌজিক তৌগদৌরিবা লাল অসিদগীদি শাগৈ মাঙবগী মশক ওইবা য়াম্না চাউরবা দোষ অমা লৈ। ফলদা দোষ লৈরবদি মহু ধর্ম্মনি হায়বা য়াদে। মরম অসিনা শাস্ত্রদস্য অস্মুম্না তাক্লি—

ফলতোঽপি চ যৎ কর্ম্ম নানর্থেনাঽনুবধ্যতে।
কেবলপ্রীতি হেতুত্বাৎ তদ্ধর্ম্ম ইতি কথ্যতে ॥

করিগুম্বা কর্ম্ম অমা ফল পীবা মতমদা অমাঙ অতা লৈবা অমস্যং পীবা য়াবা পোৎ অমগা শম্নরবদি, মহু ধর্ম্মনি হায়নৈ মরমদি মহু সূপ্না মুংঙাইবগী মরমদা ওই।

মরম অসিদগী লাল অসি তৌদবনা চুম্মী হায়বসি অর্জ্জুনগী অথূপ্পা পুক্নীংগী বানি ॥ ৩৮ ৩৯ ॥

শাগৈ মাঙবদগী ওইরক্কদবা দোষ অহু করিনো হায়বদি হৌজিক অর্জ্জুন্না শ্রীভগবানবু তাক্লি—

কুলক্ষয়ে প্রণশ্যন্তি কুলধর্ম্মা সনাতনা।
ধর্ম্মে নষ্টে কুলং কৃৎস্নমধর্ম্মোঽভিভবত্যুত ॥ ৪ ॥
অধর্ম্মাভিভবাৎ কৃষ্ণ প্রদুষ্যন্তি কুলস্ত্রি-।
স্ত্রীষু দুষ্টাসু বাষ্ণেয় জায়তে বর্ণসঙ্কর ॥ ৪১ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — কুলক্ষয়ে=শাগৈ মাঙলবদা সনাতনা কুলধর্ম্মা=মমাঙৈঙদগী মথং মথং লাকইবা শাগৈগী ধর্ম্মশিংসি (আচার বিচারনচিংবা লমচ শাজ পুম্নমক) প্রণশ্যন্তি=মাঙলগনি ধর্ম্মে নষ্টে=মতৌ অস্মুম্না ধর্ম্ম মাঙখ্রবদা (আচার বিচারনচিংবা লমচৎ শাজ লৈত্রবদা) উত কৃৎস্নং কুলং=লেমদূনা (শিংদুনা) লৈহৌরিবা শাগৈসিবু অধর্ম্ম অভিভবতি=অধর্ম্মনা নমহত্তূনা থম্নগনি (ফত্তবা আচার বিচার ংইবা লমচৎ শাজৎনা মাঙহল্লগনি) ॥ ৪ ॥ কৃষ্ণ। অধর্ম্মাভিভবাৎ =হে কৃষ্ণ। অধর্ম্মনা নমহত্তূনা থম্বা মরমদগী কুলস্ত্রিয় প্রদুষ্যন্তি=শাগৈগী নুপীশিং লমচৎ ফজনা লৈররোই বাষ্ণেয়=বৃষ্ণিগী শাগৈদা পোকপা হে ভগবন। স্ত্রীষু দুষ্টাসু=নুপীশিং লমচৎ ফজনা লৈবক্রবদা বর্ণসঙ্কর জায়তে=বর্ণসঙ্কর পোকনি (শাগৈদা অতোপ্পগী মচা মশূ য়ানশিল্লকনি) ॥ ৪১ ॥

অপুনবা অর্থ — শাগৈ মাঙলবদা মমাঙৈঙদগী মথং মথং লাকইবা আচার বিচারনচিংবা লমচৎ শাজৎ পুম্নমক মাঙলগনি মতৌ অস্মুম্না আচার বিচারনচিংবা ধর্ম্ম ওইবা লমচৎ শাজৎ লৈত্রবদা লাল অসিদগী হিংদুনা লেমহৌরিবা মীশিংবু অধর্ম্মনা নমহত্তূনা থম্নগনি। ৪ । হে কৃষ্ণ। অধর্ম্মনা

অমহত্তুনা থন্না মরমদগী শাগেগী মুপীশিং লমচৎ ফজনা লৈরবোই। বৃষ্ণিগী শাগেদা পোকপা হে ভগবন! মুপীশিংনা লমচৎ শাক্তিং ফজনা লৈরক্লবদা শাগেদা বর্ণসঙ্কর পোক্কনি ( শাগেদা অতোপ্পগী মচা মশূ য়ানশিল্লক্কনি ) ॥ ৪১ ॥

মসিদ নত্তনা অতোপ্পা দোষশিংস্মু য়াম্না লৈ হায়নস্মু অস্মুম্না তাক্লি—

সঙ্করো নবকাযৈব কুলঘ্নানাং কুলস্য চ।
পতন্তি পিতরো হ্যেষাং লুপ্তপিণ্ডোদকক্রিযা. ॥ ৪২ ॥
দোষৈরেতৈঃ কুলঘ্নানাং বর্ণসঙ্করকারকৈঃ।
উৎসাদ্যন্তে জাতিধর্ম্মা কুলধর্ম্মাশ্চ শাশ্বতাঃ। ॥ ৪৩ ॥
উৎসন্নকুলধর্ম্মাণাং মনুষ্যাণাং জনার্দন।
নবকে নিযতং বাসো ভবতীত্যনুশুশ্রুম ॥ ৪৪ ॥

**অন্বয ব্যাখ্যা** — অদুগা শাগেগী সঙ্কর ওইবসি ( শাগেদা অতোপ্পা শাগে যানশিনবসি ), কুলঘ্নানাং—শাগেবু মাঙহল্লিবা মীশিংগী, নরকায এব ( ভবতি )= নরক্তা তানবগী মরম শোযদনা ওই। হি=মসিদস্মু নত্তে, এষাং পিতর শাগেবু মাঙহল্লিবা মী শিং অদুগী শিগ্রবা মপা মপুশিংদুস্মু, লুপ্তপিণ্ডোদকক্রিয়া পতন্তি—( অশেংবা মচা মশূ লৈতবা মরম্না ) পিণ্ড অমস্মুং ঈশিং পীবা রাংপদগী ( শ্রাদ্ধ তর্পণ ফংদবদগী) লৈখা তাই ॥ ৪২ ॥ কুলঘ্নানাং=শাগেবু মাঙহল্লিবা মী শিং অদুগী বর্ণসঙ্কর কারকৈ এতৈ দোষৈ—বর্ণসঙ্করবু পোকহল্লিবা দোষশিং অদুনা, শাশ্বতা জাতিধর্ম্মা কুলধর্ম্মা চ —লেঙদনা মথং মথং লাক্লিবা ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয়নচিংবা জাতিগী ধর্ম্ম অমস্মুং শাগেগী ধর্ম্ম মসি পূম্নমকসিবু, উ সাদ্যন্তে—পূম্মাও মাঙহল্লী ॥ ৪৩ ॥ জনার্দন=হে জনাদন। উ সন্নকুলধর্ম্মাণাং মনুষ্যাণাং —শাগেগী ধর্ম্ম পুম্মাও মাঙখ্রবা মী শিংগী, নরকে নিযতং বাস ভবতি ইতি=নরক্তা শেযদনা তাদুনা লৈ হায়বসি, অনুশুশ্রুম=এখোয়না অহল লমনশিংদগী তারম্মী ॥ ৪৪ ॥

**অপুনবা অর্থ** — অদুগা শাগেগী সঙ্কর ওইবসি ( শাগেদা অতোপ্পা শাগে যানশিনবসি ) শাগেবু মাঙহল্লিবা মীশিংগী নরক্তা তা নবা মরম শোয়দনা ওই। মসিদস্মু নত্তে, শাগেবু মাঙহল্লিবা মী শিংদুগী শিগ্রবা মপা মপুশিংদুস্মু অশেংবা মচা মশূ লৈতবা মরম্না শ্রাদ্ধ তর্পণ ফংদবদগী লৈখা তাই ॥ ৪২ ॥ অদুগা শাগেবু মাঙহল্লিবা মীশিংদু বর্ণসঙ্করবু পোকহল্লিবা দোষশিং অদুনা লেঙদনা মথং মথং লাকইবা জাতিগী ধর্ম্ম অমস্মুং শাগেগী ধর্ম্ম মসি পূম্নমকসিবু মাঙহল্লী ॥ ৪৩ ॥ হে জনার্দন! শাগেগী ধর্ম্ম পুম্মাও মাঙখ্রবা মী শিংগী নরক্তা শোয়দনা তাদুনা লৈ হায়বদি ‡বোয়না‡ অহল-লমনশিংদগী তারম্মী ॥ ৪৪ ॥

মরূপ মপা, অমস্তু, শাগে নাতৈশিংবু হাংকে হায়দূনা লাল তৌ মবগী থৌরাং অসিমক মহাপাপকী মশক্কি, মসিগী মথক্তা থাঙ্গেশেংনা লাল শোক্নদুনা মখোয়বু হাংলবদি কয়ামুক চাউবা পাপ ফংগদগে হায়বসি খল্লুরগা অরাবা য়াম্না হেনগংহনা অর্জুননা মাগী অবাবা অহবু ভগবান্দা অস্তুম্না হায়জে—

অহো বত মহৎ পাপং কর্ত্তুং ব্যবসিতা বয়ম্।
যদ রাজ্যসুখলোভেন হন্তুং স্বজনমুদ্যতাঃ ॥৪৫॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা।**— মহৎ পাপং কর্ত্তুং=(চীনমক্লা হায়দোকপা ভমত্রবা) অচৌবা পাপ তৌনবগী দমক, বয়ং ব্যসিবতা —ঐখোয়না থৌরাওলি, অহো বত=মসি থোইদোক্লা অরাবগী মশক্কি, যৎ—মহুদি, রাজ্যসুখলোভেন—লৈবাক ফংবদগী ওইগদবা নুংঙাইবা খরদং পাম্বদগী (মিতৌবদগী), স্বজনং হন্তুং উদ্যতা —ঐখোয়না শাগে নাতৈ অস্তুং মরূপ মপাংশিংবু হাংনবা হোংনরি ॥ ৪৫ ॥

**অপুনবা অর্থ** — (চীনমক্লা হায়দোকপা ফাওবা ভমত্রবা) অচৌবা পাপ তৌনবগীদমক ঐখোয়না থৌরাং তৌরিবসি থোইদোক হেন্দোক্লা অরাবগী মশক্কি, মহুদি ঐখোয়না লৈবাক ফংবদগী ওইগদবা নুংঙাইবা খরদং পাম্বদগী শাগে নাতৈ মরূপ-মপাংশিংবু হাংনবা হোংনরি ॥ ৪৫ ॥

মসিদা ভগবানা পাপ তৌবা কিবদগী লাল তৌদনা লৈবা মহাকপু পূকচেল ফত্তবা দুর্য্যোধনচিংবনা নমদুনা শোয়দনা হাংকনি হায়রবদি মহুগী পাউখুম ওইনা অর্জুননা হয়েজে—

যদি মামপ্রতীকারমশস্ত্রং শস্ত্রপাণয়ঃ।
ধার্ত্তরাষ্ট্রা রণে হন্যুস্তন্মে ক্ষেমতরং ভবেৎ ॥৪৬॥

**অন্বয় ব্যাখ্যাঃ**— যদি শস্ত্রপাণয় ধার্ত্তরাষ্ট্রা =করিগুম্বা ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিংনা মখুৎ মখুত্তা খুৎলাই পায়হুনা, অশস্ত্রং অপ্রতীকারং মাম=ঈখুত্তা খুৎলাই পাযদবা অমস্তুং ঈশাবু কন্নবা হোংনদবা ঐবু, রণে হন্যু —লালদা হাংপা থোক্লবস্তু, তং মে ক্ষেমতরং ভবেৎ=মহু ঐগী থোইনা অফবা ওইগনি ॥৪৬॥

**অপুনবা অর্থ** — করিগুম্বা ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিংনা মখুত্তা খুৎলাই পায়দুনা, লান্দা ঈখুত্তা খুৎলাই পায়দনা অমস্তুং ঈশাবু কন্নবা হোংনদবা ঐবু হাংপা থোক্লবস্তু মহু ঐগীদমক্তদি থোইনা অফবা ওইগনি ॥৪৬॥

মতৌ অস্তুম্না লৈবাক্লচিংবগী অপাম্বা পুম্নমক থাদোক্লুনা মখুত্তা খুৎলাই পায়দনা লৈম্বিবা অর্জুনগী ফীভমবু তাক্লুনা, সঞ্জয়না ধৃতরাষ্ট্রবু অধ্যায়গী অরোইবা ওইনা অস্তুম্না হায়—

সঞ্জয় উবাচ

এবমুক্ত্বার্জ্জুনঃ সংখ্যে রথোপস্থ উপাবিশৎ
বিসৃজ্য সশরং চাপং শোকসংবিগ্নমানসঃ ॥ ৪৭ ॥

ইতি শ্রীমদ্ভগবদগীতাসূপনিষৎসু ব্রহ্মবিদ্যায়াং যোগশাস্ত্রে শ্রীকৃষ্ণার্জ্জুন সম্বাদেঽর্জ্জুন
বিষাদযোগোনাম প্রথমোঽধ্যায় ॥ ১ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— সঞ্জয় উবাচ—সঞ্জয়না ধৃতরাষ্ট্রবু অসুম্না হায়খি, অর্জ্জুন এবং উক্ত্বা—অর্জ্জুননা অসুম্না হায়রগা, সংখ্যে সশরং চাপং বিসৃজ্য—লালকম অহুদা তেলগা লোয়নবা লীরুংবু থাদোক্লুনা, শোকসংবিগ্নমানসঃ—অাবগী পুক্নীং য়াম্না লাওতক্লহনা, রথোপস্থে উপাবিশৎ—দোলায়গী মথক্তা (তেঙ্গোল য়েংগে ছায়দুনা হৌগৎলবা অহুদগী) ফমথখি ॥ ৪৭ ॥

অপুনবা অর্থ ঃ— সঞ্জয়না ধৃতরাষ্ট্রগী মফমদা হায়খি— অর্জ্জুননা শ্রীকৃষ্ণবু অসুম্না হায়রগা লালকম অহুদা তেলগা লোয়নবা লীরুংবু থাদোক্লগা পুক্নীং অাবদুগী য়াম্না লাওতক্লহনা দোলায়গী মথক্তা ফমথখি ॥ ৪৭ ॥

শ্রীভগবান্না শকপা উপনিষৎশিংদা ব্রহ্মবিদ্যাগী মশক ওইবা যোগশাস্ত্রগী মনুংদা অর্জ্জুন
অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী ৱাহং পাউখুম ওইনা ঙাওনবদা "অর্জ্জুনগী অৱাবা ফংবা"
কৌবা অহানবা অধ্যায়গী স্বামী যোগেন্দ্রানন্দনা ইবা অং
রাগা লোয়নবা অন্বয় ব্যাখ্যা লোইরে ॥ ১ ॥

—ॐ—



# শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতা

## দ্বিতীয়োঽধ্যায়ঃ

### ( অনীশুবা অধ্যায় )

**অনীশুবা অধ্যায় অসি** সাংখ্য যোগগীনি। মসিদা জ্ঞান, জ্ঞানগী সাধন কর্ম্ম, **কর্ম্মগী** ফল পুন্নীং শেংবা অমস্তুং মতুদগী জ্ঞান পোকই হায়বসিদু তাকনি। মতুদা **অহানবা** অধ্যায়দা হায়খিবা— **অর্জুননা** লৈবাক পামদবা অমস্তুং লাল তৌবীংদবতু তানগা ধৃতরাষ্ট্রনা লাল তৌরবস্তু দুর্য্যোধনচিংবা মচাশিংনা লৈবাক ফংলগনি খল্লুনা পুন্নীং নুংঙাইরতুনা মতুংগী থৌদোক তাবা পান্নবদা সঞ্জয়না মানা নীংলিবতু অয়েংবনি তাকে হায়বগীদমক অস্নুন্না হায়বা হৌই—

তং তথা কৃপযাবিষ্ট মশ্রুপূর্ণাকুলেক্ষণম্ ।
বিষীদন্তমিদং বাক্যমুবাচ মধুসূদনঃ ॥ ১ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—** সঞ্জয় উবাচ — সঞ্জয়না হায়খি— মধুসূদন — মধু কৌবা হিংচাববু হাৎখিবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা, তথা কৃপয়া আবিষ্টং — মতৌ অতুন্না মাগী (**অর্জুনগী**) শাগৈ নাতৈ অমস্তুং মরূপ মপাংশিংগী মফমদা য়াম্না থৌজানবীতুনা লৈরিবা অশ্রুপূর্ণাকুলেক্ষণং — মীৎ অনীমক্তা পি থন্না লৈবা মরমদগী করিমত্ত য়েংবা ঙমদ্রবা, বিষীদন্তং তম — অমস্তুং য়াম্না বাদূনা লৈরিবা মহাকপু (**অর্জুনবু**), ইদংবাক্যং উবাচ — মথাগী বাসি হায়বিখি ॥ ১ ॥

**অপুনবা অর্থ** — সঞ্জয়না ধৃতরাষ্ট্রগী মফমদা হায়খি— মধুসূদন শ্রীকৃষ্ণনা মতৌ অস্নুম্না শাগৈ-নাতৈনচিংবগী মফমদা য়াম্না থৌজানবীতুনা লৈরিবা, মথোয়দগী খায়নগনি খল্লুবদগী য়াম্না বারিবা অমস্তুং মীৎ অনীমক্তা পি থন্না লৈবা মরমদগী করিমত্ত য়েংবা ঙমদ্রবা (উদ্রবা) অর্জুনবু মথাগী বাসি হায়বিখি ॥ ১ ॥

### অথূপ্পা বা

মফম অসিদা সঞ্জয়না শ্রীকৃষ্ণবু মধুসূদন কৌবগী মরমদি— শ্রীকৃষ্ণনা মধু কৌবা ফত্তবা হিংচাববু হাত্তূনা ভক্তশিংবু নুংঙাইবা পীখিবগী মতৌগুম্না মাগী মরূপ অমস্তুং ভক্ত ওইবা অর্জুনবুসু, মাবু (**অর্জুনবু**) অৱাবা পীতুনা লৈরিবা হিংচাবগী মশক ওইবা অজ্ঞানবু মাঙহনগা নুংঙাইবা পীবিগনি হায়বসি খঙহন্নবগীদমক্তনি ॥ ১ ॥

শ্রীকৃষ্ণনা অর্জুনগী মকম্না হায়রিখিবা বা অহ অসুম্না অস্থুম্না তাকলি—

শ্রীভগবান্ উবাচ

কুতস্ত্বা কশ্মলমিদং বিষমে সমুপস্থিতম্ ।
অনার্য্যজুষ্ট মস্বর্গ্যমকীর্ত্তিকরমর্জ্জুন ॥ ২ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— শ্রীভগবান উবাচ—শ্রীভগবান্না হায়বিখি— অর্জুন—হে অর্জুন। বিষমে—য়েক্লবনা থন্না লৈরবা খুদোং চাদবা মকম অসিদা মক্রগা খুদো৲ থীরবা মতম অসিদা, ত্বা—নঙোন্দা (নঙগী পুক্কীংদা), অনার্য্যজুষ্ট৲—পাওদবা অনার্য্যশিংনা তৌবা হৌনবা (তৌগদবা), অস্বর্গ্য—স্বর্গ কংহল্লোইদবা, অকীর্ত্তিকর৲—অমস্থুং মিংচং থীহনগদবা, ইদং কশ্মলং—"ঐ মখোয়বু হাৎপা পামদে" অসিন্নচিংবা হায়দুনা অমোংপা মাথল (মোহ) অসি, কুত সমুপস্থিতম—করি মরমদগী (কদায়দগী) লাক্লিবনো ? ॥ ২ ॥

অপুনবা অর্থ ঃ— শ্রীভগবান্না হায়বিখি— হে অর্জুন। য়েক্লবনা থন্না লৈরবা খুদো৲ চাদবা মকম অসিদা (মক্রগা খুদো৲ থীরবা মতমসিদা) নঙোন্দা পাওদবা অথীবা মীশিংনা তৌগদবা, স্বর্গ কংহল্লোইদবা অমস্থু৲ মিংচং থীহনগদবা অমোংপা মাথল অসি করি মরমদগী (কদায়দগী) লাক্লিবনো ? ॥ ২ ॥

অথুপ্পা বা

সঞ্জয়না শ্রীকৃষ্ণ উবাচ অস্থুম্না হায়দনা শ্রীভগবান্ উবাচ হায়বগী মরমদি— শ্রীকৃষ্ণ অচম্বা মী নত্তে বিষ্ণুমকনী হায়বসি খঙহন্নবগীদমক্নি। ভগবান কদায়বু কৌই হায়বসি বিষ্ণুপুরাণদা অস্থুম্না তাকলি—

ঐশ্চর্য্যস্য সমগ্রস্য ধর্ম্মস্য যশস শ্রিয ।
জ্ঞানবৈবাগ্যযোশ্চৈব ষন্নাং ভগ ইতীঙ্গনা ॥
উৎপত্তিং প্রলযঞ্চৈব ভুতানামাগতিং গতিম্ ।
বেত্তি বিদ্যামবিদ্যাঞ্চ স বাচ্যো ভগবানিতি ॥

"ঐশ্চর্য্য পুম্নমক ধর্ম্ম পুম্নমক, মিংচং পুম্নমক, লৈতে৲ পুম্নমক, জ্ঞান পুম্নমক অমস্থু৲ বৈরাগ্য পুম্নমক তরুক অসিগী মমিং ভগ কৌই। হায়রিবা ভগ তরুক অসি মতম পুম্নমক্তা লেঙদ কায়দনা মাগী লৈবঁবু ভগবান্ কৌই। অতুগা জীব পুম্নমকী পোকপা শিবা, লাক্তদবা অরা মুংডাই, জ্ঞান অমস্থু৲ অজ্ঞানগী বিষয় পুম্নমক খঙবা মহাক অসি ভগবান্ হায়বা ৱাহয়গী অর্থনি ॥'

অসিগুম্বা ভগবান্না মীচ৲ ওইহুনা লৈরিবা পাণ্ডবশিংনা লাল অসিদা জয় ওইরগা লৈবাক ল্লৌগনি। মুস্ত্রিদা নচাশিংনা লাল তৌদ্রনা লৈবাক ফংগনি হায়না অয়েখদা খনগনু হায়বসি সঞ্জয়না ধৃতরাষ্ট্রবু থুপ্না তাক্লিবনি ॥২॥

অদুবু লালকমসিদা মাৈং-মাতে অমসুং মরূপ মপাংশিংবু উরগা মখোয়বু মুংশিৱদগী হকচাংসি থক থক নীক্নুনা ঐদি লীরু ফাওবা থাঙ্গংপা শুমত্রে, কীবমসিদা ঐনা করি তৌবা গুমগনি হায়না অর্জুননা হায়বা থোক্লবদি মতুদা ভগবান্না মাবু পুক্নীং থৌগৎনা অসুম্না হায়রি—

ক্লৈব্যং মাস্মগম পার্থ নৈতত্ত্বয্যুপপদ্যতে।
ক্ষুদ্রং হৃদয়দৌর্ব্বল্যং ত্যক্ত্বোত্তিষ্ঠ পরন্তপ ॥ ৩॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — পার্থ = পৃথাগী ( কুন্তীগী ) হে মচা নুপা। ক্লৈব্যং মাস্মগমঃ = নুপা থোক্তবা তৌগনু ( অয়ম্বা মীগী মতৌগুম তৌগনু ) ত্বয়ি = নঙোন্দা এতৎ ন উপপদ্যতে = অসুম্না নুপা থোক্তবি ( পাণ্ডবা উৎপসি ) মতীক চাদে। পরন্তপ = য়েক্লববু অৱাবা পীদূনা লৈবা হে অর্জুন। ক্ষুদ্রং হৃদয়দৌর্ব্বল্যং ত্যক্ত্বা = মনগী করিস্মু লৈতবা অশোনবা অদুবু থাদোক্লগা উত্তিষ্ঠ = হৌগংলো ( লালগীদমক শেম-শারো ) ॥ ৩॥

অপুনবা অর্থ ঃ— হে কুন্তীগী মচানুপা। নঙ অয়ম্বা মীগী মতৌগুম নুপাথোক্লবসি তৌগনু ; নঙোন্দা অসুম্না নুপাথোক্তনা পাণ্ডবা উৎপসি মতীক চাদে। হে অর্জুন। নঙদি য়েক্লবশিংবু অৱাবা পীদূনা থম্লিবনি। মরম অসিনা মনগী করিস্মু লৈতবা অশোনবদুবু থাদোক্লগা লালগীদমক শেম শারো

অশ্রুম্মা বাহ

শ্রীভগবান্না অর্জুনবু পার্থ হায়না কৌরগা অসুম্না তাক্লি— হে অর্জুন। নহাকী পুক্নীংদা মুংশিন্হৈবা লাক্কনা অশোনবা উৎলিবদু নমাদগী লাকপনি মদু নঙগী হৌনশা নত্তে, নঙদি মহাদেবমকপুস্মু মলযুদ্ধদা মায়থীবা পীবা ঙম্লিবনি অদুগা য়েক্লবা পূম্নমকপুস্মু অৱাবা পীদূনা থম্লিবনি। মরম অসিনা নমাদগী লাকপা অমসুং নুপীশিংদা হৌনশা ওইনা লৈবা নুংশিন্হৈবদুবু থাদোকপমক্তদা নঙগী পুক্নীংগী অশোনবদু চংখিগনি। মাঙদা লৈরিবা দুর্য্যোধনচিংবা পূম্নমকসিবু শাগৈগনা নচীন-ননাওশিংনি থন্দুনা নংনা নুংশিবীরিবা অদু থাদোক্লো। মখোয় অসি য়াম্না ফত্তবা মী শিংনি। মতুনা মী শিংবু লাকশিন্দুনা থম্বসি নঙগী নথৌনি মরম অসিনা লালগীদমক শেম শারো, হৌজিক মতৌ অসুম্না লৈথোক্লবা মতম নত্তে। অসুম্না খঙহন্দুনা ভগবান্না অর্জুনবু পরন্তপ-কৌরগা মগী হৌনশা ওইনা লৈরিবা মথৌনাদুবু নীংশিংহন্লিরনি ॥ ৩ ॥

ঐনা লাল তৌনিংঙ্গিবসি দুর্য্যোধন নচিংবদা নুংশিবীদুনা তৌবা নত্তে, তৌইদবসুং অধর্ম্মনি খন্দুনা তৌবনি হায়না অর্জুন্না শ্রীভগবানগী মফমদা অসুম্না পাউখুম পীরি—

অর্জ্জুন উবাচ
কথং ভীষ্মমহং সংখ্যে দ্রোণঞ্চ মধুসূদন।
ইষুভিঃ প্রতিযোৎস্যামি পূজার্হাববিসূদন॥ ৪॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ।— অর্জ্জুন উবাচ—অর্জ্জুনা হায়রম্খি— অরিসূদন মধুসূদন—য়েক্লবা পুম্নমকপু মাঙহনবীরিবা হে মধুসূদন। পূজার্হৌ ভীষ্ম, দ্রোণঞ্চ—পূজা তৌবদ্রা মতীক চাবা ঈবুধৌ ভীষ্ম অমসুং গুরু দ্রোণবু, সংখ্যে ইষুভি—লানফম অসিদা তেন্না থাহনা, অহং কথং প্রতিযোৎস্যামি—ঐনা মখোয়গী য়েক্লবা ওইহনা করম্না লান তৌগনি? (মসি ওইথোক্তবনি) ॥ ৪ ॥

অপূনবা অর্থ ।—অর্জ্জুনা হায়রে— য়েক্লবা পুম্নমকপু মাঙহনবিরিবা হে মধুসূদন। পূজা তৌবদা মতীক চারবা ঈবুধৌ ভীষ্ম অমসুং গুরু দ্রোণবু লালফম অসিদা তেন্না থাহনা ঐনা মখোয়গী য়েক্লবা ওইহনা করম্না লাল শোক্লগনি? ॥ ৪ ॥

অথুম্না বা

অর্জ্জুনগীদমক্তদি ভীষ্ম অমসুং দ্রোণ অনীসি লৈ-শুনচিংবনা পূজা তৌনফম ওইনা লৈরিবনি। মখোয় অনীসিবু মাঙদা থমদনা দুর্য্যোধন্না লান তৌরবদি মহুদা থোইনা কাযদে অদুবু দুর্যো-ধনদি মখোয় অনীসিবু মকোক ওইনা লালগী মাঙদা থম্লগা (সেনাপতিগী পদদা থম্লগা) লান তৌনীংলি অদুগা মখোয অনীসিবু হাত্তনা লান জয় ওইবসিদি ওইথোক্তবনি। অদুবু মখোয় অনীসিবু লানদা হাংপসিদি মহাপাপনি অমসুং অধর্ম্মনি হায়না অর্জ্জুনা খল্লী, মরম অসিদগী মাক্না লান তৌনিংদ্রিবনি ॥ ৪ ॥

গুরুশিং ওইরবসু মখোয়না করি করি তৌবা হৌনৈ নত্রগা হৌনদে হায়বসি করিমত্ত খন্দনা লল-থুম পান্দগী দুর্য্যোধনগী মীচং ওইহনা নখোয়গী মায়োক্তা লান তৌগে লেপ্পূনা লাক্লে, অদুগা লান তৌবসিদি নখোয় ক্ষত্রিয়শিংগী অথোইবা ধর্ম্মনি, অধর্ম্ম নত্তে। মরম অসিনা মখোয়বু লান্দা মারথীবা পীদুনা হাংলগা লৈবাক লো হায়না ভগবান্না তাকপা থোক্লবদি মতুগী পাউখুমদা অর্জ্জুনা অস্রম্না হায়রম্রি—

গুরূনহত্বা হি মহানুভাবান্
শ্রেয়ো ভোক্তুং ভৈক্ষ্যমপীহ লোকে।
হত্বার্থকামাংস্তু গুরূনিহৈব
ভুঞ্জীয ভোগান্ রুধিরপ্রদিগ্ধান্ ॥ ৫ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— মহানুভাবান্ (মহানমর্থৎ চিত্তানুভাবো ধর্ম্মব্রহ্মবিষয়কো বোধো যেষাং তে, তান)—লেয়া মাঙলোইদবা ধর্ম্ম, অমসুং ব্রহ্মবু শীংখিনা খঙদুনা লৈরিবা, গুরূন অহত্বা—গুরুশিংবু হাৎপা তৌদনা, ইহ লোকে—সংসারসিদা হিংদুনা লৈরিঙৈ মতমসিদা, ভৈক্ষ্যং অপি ভোক্তুং—ভিক্ষাগী চেঙ চাদুনা লৈবনসু, শ্রেয় হি—লেপ্পমক থোইনা হেন্না ফগনি। তু—মসি নত্রবদি অর্থকামান্

( অর্থান ধর্ম্মাদি পুরুষার্থান কাময়ন্তি বোধয়ন্তীতি অর্থকামা তান )—ধর্ম্মনচিংবা মীওইবশিংগী কান্নগদবা হীরম পুন্নমকপু তাকপী খোংপীদুনা লৈরিবা, গুরূন হত্বা—গুরুশিংবু হাংলগা, ইহ এব—সংসার অসিদা শোয়দনা, রুধিরপ্রদিগ্ধান ভোগান—মখোয়গী ঈ তৈরবা ( ঈগী মশক ওইবা ) নরকী ভোগকা মান্নবা পোং পুন্নমকপু, ( অহং ) ভুঞ্জীয়—ঐনা চাদূনা লৈবা তাই। ( মসিদা "অর্থকামান" ৱাহয়সিবু "ভোগান" ৱাহয়সিগী বিশেষণ ওইনা লৌরগা মখোয়গী ঈ তৈরবা লল থুম অমসুং অপাম্বা ভোগ্য ওইবা পোং পুন্নমক চাদূনা লৈবা তাই— হায়নসু অর্থ তৌবা য়াই ) ॥৫॥

অপুনবা অর্থ —লেমনা মাঙলোইদবা ধর্ম্ম অমসুং মোক্ষশাস্ত্রনচিংববু নীংথিনা খঙলিবা গুরুশিংবু হংপা তৌদনা সংসারদা লৈরিঙৈগী মতম অসিদা ভিক্ষাগী চেঙ চাদূনা লৈবনসু লেপ্পমক থোইনা ফবা ওইগনি। নত্রবদি ধর্ম্মনচিংবা মীওইবশিংগী কান্নগদবা হীরম পুন্নমকপু তাকপী-খোংপীদুনা লৈরিবা গুরুশিংবু হাংলগা সংসারসিদা এনা মখোয়গী ঈ তৈরবা নরক কী ভোগ ওইবা পোং পুন্নমকপু চাদূনা লৈবা তাই ॥৫॥

### অথূপ্পা বা

লান তৌবসি— চুমদবা লমচং চংলিবা মীশিংবু লাকশিন্নবা নত্রগা সংসারসিদা লৈরিঙৈদা মিংচং ফাওনা নুংঙাই য়াইফনা লৈনবা খেন্নবদগী অনী থোক্কা খায়বা য়াই। অনীসিগী মনুংদা চুমদবা মীশিংবু লাকশিন্নবা তৌরিবা লান অসিদি ধর্ম্মগীনি, মচুদা পাপ লৈতে, পুণ্য ওই, অচুগা মীগী মপোং লৌরগা নুংঙাই-য়াইফনা লৈগে খন্দুনা তৌবা লান্না অধর্ম্মগীনি মসিদা পাপ ওই, পুণ্য করিমত্ত লৈতে। অর্জ্জুন্না, তৌগদৌরিবা লালহৌবু ধর্ম্মগী লাননি খল্লে, শুপ্পা হিংলিঙৈগী মতমদা নুংঙাই য়াইফনা লৈনবগীদমক্তি খল্লী, অচুগা মচুদগী ওইগদবা পাপশিংদল্লী য়াম্না কিরি। মরম অসিনা ভীষ্ম, দ্রোণনচিংবা গুরুশিংবু হাংপা তৌদনা ভিক্ষাগী চেঙ চাবনা খোইবা ফৈ লেপ্পী।

অংগা অর্থকামান্ ৱাহয়সিন্নী "লল-থুম পাম্বা অর্থ তৌরগা গুরুশিংগী বিশেষণ ওইনা লৌরবসু মচুদা অর্জ্জুন্না করিগুম্বা দোষ অমত্ত উদে, দুর্য্যোধনগী মরল মথুম চাদূনা লৈবদগী ভীষ্মনচিংবসি মাগী ( দুর্য্যোধনগী ) মীচ ওইদুনা লৈবা মরেক্কা তাবনি, অমসুং মাগী চুমদবা লমচং অচু খঙন খঙনমক মাগী মীচংদা লান তৌগে লাকপনি হায়বসি খল্লী। অর্জ্জুন্না অসুম্না হায়রিবা ৱাসি চুমদবা নত্তে, ভীষ্মনচিংবা পুন্নমক্না মসি য়ারিবনি। গীতাগী উপদেশ লোইরবদা লান হৌরমদাইগী মমাংমক্তদা যুধিষ্ঠিরনা ভীষ্মনচিংবদগী যাথং লৌরগা লান শোক্লগে খন্দুনা খুংসু খুংলাই পুন্নমক থাদোক্লগা য়েক্লবগী তোঙ্গোল মনুংদা লৈরিবা ভীষ্ম, দ্রোণ, কৃপাচার্য্য অমসুং মাগী মামা শৈলগী মমাক্তা চঙলগা লামগী য়াথং পীযু হায়জখি। মতম অচুদা ভীষ্ম, দ্রোণনচিংবা পুন্নমক্না যুধিষ্ঠিরবু লামদা জয় ওইনবা বর পীরগা মখোয়না দুর্য্যোধনগী মীচ ওইনা লাকপদুগী মরম অসুম্না হায়খি—

**অর্থস্য পুরুষো দাসো দাসস্ত্বর্থো ন কস্যচিৎ**
**ইতি সত্যং মহারাজ বদ্ধোঽস্ম্যর্থেন কৌরবৈঃ।**

(মহাভা° ভীষ্ম পর্ব্ব অ ৪৩/৪১)

"মীওইবসি লল থুমগী মনাই ওইহুনা লৈ, অদুগা লল থুমদি কনাগীসু মনাই ওইহনা লৈতে হায়বসি অচুম্বা বানি। হে মহারাজ যুধিষ্ঠির। কৌরবশিংনা ঐবু লল-্মা পুন্দুনা থমলে।

মসি পুম্নমকসি খল্লগা অর্জুন্না হৌজিক থবা বাহুনা লৈরবসু শিন্নবা মতুংদা অহল-লমন অকশিংবু হাংপদগী ওইগদবা মরক্তী অবাবশিংহুবুদি কংলোই লেপ্তুনা লান্দগী মায় ওন্থোক্লিবনি ॥ ৫ ॥

অক্লিব ওইবা মখোয়গীদি ভিক্ষাগী চেঙ চাদুনা লৈবসি চুমদে, অদুগা লান তৌবসিদি মখোয়গী ধর্ম্ম ওইবা মরমদগী পুণ্য ওইবা অফবা থবক্তি তাকুনা ভগবান্না হায়রবদি মতুংদা অর্জুন্না অস্নমা পাউথুম পীহুনা হায়রি—

**ন চৈতদ্ বিদ্মঃ কতরন্নো গরীয়ো**
**যদ্বা জয়েম যদি বা নো জয়েয়ুঃ।**
**যানেব হত্বা ন জিজীবিষাম**
**তেঽবস্থিতাঃ প্রমুখে ধার্ত্তরাষ্ট্রাঃ ॥ ৬ ॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — (ভৈক্ষ্যযুদ্ধয়োঃ মধ্যে) কতরৎ ন গরীয় = ভিক্ষাগী চেঙ চাবা নত্রগা লান তৌবা অনীসিগী মনুংদা করম্বনা ঐখোয়গী অফবা ওইগনি, এতৎ চ ন বিদ্ম = মসিবু ঐখোয়না খঙবা ঙমদ্রি। যদ্বা বয়ং জয়েম = মসিদা নত্তুনা লান অসিদা এখোয়না জয় ওইগনি, যদি বা ন (তে) জয়েয়ু = নত্রগা মখোয়না এখোয়বু জয় তৌগনি, এতৎ অপি ন বিদ্ম = মসিবুসু ঐখোয়না লেপ্না (থাঙ্গশেংনা) খঙদ্রি। প্রমুখে অবস্থিতা তে = লান তৌগে লেপ্তুনা মাঙদা লৈরিবা ভীষ্ম দ্রোণনচিংবা মখোয়শিংসি, ধার্ত্তরাষ্ট্র = ধৃতরাষ্ট্রগা মরী লৈনবা ঙাক্তনি, যান এব হত্বা (বয়ং) ন জিজীবিষাম° = মখোয়শিংবু হাত্লগা ঐখোয় হিংহুনা লৈনীংদে (মরম অসিনা কন্নিগুম্বা ঐখোয়না লান অসিদা জয় ওইবা থোক্লবসু পরাজয় ওইবদগী থোইনা হেন্না ফত্তবা অমা ওইগনি) ॥ ৬ ॥

**অপুনবা অর্থ** — মিহুনা চাবা নত্রগা লান তৌবা অনী অসিগী মনুংদা করম্বনা এখোয়গী অফবা ওইগনি হায়বসি ঐখোয়না খঙবা ঙমদ্রি। মসিদ নত্তনা লান অসিদা ঐখোয়না জয় ওইগনি নত্রগা ওইরোই হায়বসিবুসু ঐখোয়না থাঙ্গশেংনা খঙদ্রি। অদুগা লান তৌগে লেপ্তুনা মাঙদা লৈরিবা ভীষ্ম দ্রোণনচিংবা মখোয়শিংসি ধৃতরাষ্ট্রগা মরী লৈনবা ঙাক্তনি। মরম অসিনা মখোয়শিংসিবু হাৎলগা ঐখোয়না হিংহুনা লৈমীংদে ॥ ৬ ॥

## অথুপ্পা বা

মসিদা অর্জুন্না অস্থুম্না শল্লী— লান তৌবসি ক্ষত্রিয়শিংগী ধর্ম্ম ওইরবস্থু, হৌজিক তৌগদৌরিবা লাম অসিদদি ঐখোয়গী য়েক্কবা ওইবা শাগৈ বাতৈ অমস্থু, অহল লমম পুম্নমক থিন্দুনা লৈরি। মখোয়সিবু হাৎলগা ঐখোযনা হিংহুনা লৈবসি মহা পাপকী মশক্কি। মরম অসিনা মখোয়সিবু হাৎলুদনা ঐখোয়না ক্ষত্রিয়শিংগী ধর্ম্ম নত্তবা ভিক্ষাগী চেঙ চাদূনা লৈবসিনা থোইনা হৈম্না ফৈ ॥ ৬ ॥

নহাক্তি য়াম্না হৈ শিংবা অমস্থু, শাস্ত্রবু নীংথিনা খঙবা মীনি, অহবু কল্লিস্থু খঙদবা অপঙবা মীগী মতৌগুম্না নহাক্না অধর্ম্মগী ওইবা ভিক্ষাগী চেঙ চাববু ধর্ম্মনি, অহগা ধর্ম্ম ওইবা লান তৌববু অধর্ম্মনি হায়না খঙলিবসি করি মরমদগীনো হায়না ভগবান্না হংলবদা অর্জুন্না অনী অসিগী মনুংদা ঐগী করম্না কৈ হায়বসি লেপ্পা ঙমদ্রে, মরম অসিনা নহাক্না ঐঙোন্দা তৌকপচু তাকপীযু হায়জরি—

কার্পণ্যদোযোপহতস্বভাবঃ
পৃচ্ছামি ত্বাং ধর্ম্মসংমূঢ়চেতাঃ।
যচ্ছ্রেয়ঃ স্যান্নিশ্চিতং ব্রূহি তন্মে
শিষ্যস্তেঽহং শাধি মাং ত্বাং প্রপন্নম্ ॥ ৭ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — কার্পণ্যদোষোপহতস্বভাবঃ = (কার্পণ্যদোষেণ) শেল থুমদা য়াম্না লীকপা (কৃপণ ওইবা) মীনা খজিক্তং ফাওবা মাঙবদা যাম্না ৱানা লৈবগী মতৌগুম্না, হকচাংনচিংবসিবু আত্মানি হায়না খঙদুনা লৈবা মরমদগী হকচাংসিগা মরী লৈনবা ভীষ্ম দ্রোণনচিংবসি হাত্তুনা শিঙ্গ্রবদি ঐখোয়না হিংহুনা লৈবা করি কান্নগনি অসিনচিংবা খন্দুনা মখোয়দা "ঐগীনি" নীংবগী মশক ওইবা দোষ অসিনা (উপহত স্বভাব যস্য সোঽহং) স্বভাব ওইবা ক্ষত্রিয়গী ধর্ম্ম, লান অসিবু থিংহুনা থম্লিবা ধর্ম্মসংমূঢ়চেতা = অহগা ধর্ম্মগী মরমদা অশেংবা প্রমাণ খঙজদূনা—নিদূনা চাবনা ফবরা নত্রগা লান তৌবনা ফবরা— হায়বসিদা চিংনদূনা তৌফম খঙদনা লৈরিবা ঐনা, ত্বাং পৃচ্ছামি = নংগী (ভগবানগী) নকমদা করম্না কৈ হায়বসি হংজরি। যৎ শ্রেয় স্যাৎ = অনী অসিগী মনুংদা ফগদবা অমা, তৎ নিশ্চিতং মে ব্রূহি = মহ লেপ্পীরগা ঐঙোন্দা তাকপীযু। অহং তে শিষ্য = ঐ নহাক্কী শিষ্যনি, ত্বাং প্রপন্নং মাং শাধি = মরম অসিনা নংগী খুত্তাদা। চংলকবা ঐবু নংনা উপদেশ পীবিযু ॥ ৭ ॥

অপুনবা অর্থ ঃ— শেল-থুমদা য়াম্না লীকপা মীনা খজিক্তং ফাওবা মাঙবদা য়াম্না ৱানা লৈবগী মতৌগুম্না হকচাংবু আত্মানি খঙদুনা লৈবা মরমদগী হকচাংসিগা মরী লৈনবা ভীষ্মনচিংবসি হাত্তনা শিঙ্গ্রগনি, মখোয় লৈত্রবদি ঐখোয়না হিংহুনা লৈবা করি কান্নগনি অসিনচিংবা খন্দুনা "ঐগীনি" নীংবগী মশক ওইবা দোষনা ক্ষত্রিয়গী ধর্ম্ম ওইবা লান অসিবু থিংহুনা থম্লিবা

অদুগা ধর্ম্মগী মরমদা অশেংবা প্রমাণ খঙজদুনা নিদূনা চাবনা কবরা নত্রগা লান তৌবনা ফবরা হায়বসিদা চিংনদূনা তৌফম খঙদনা লৈরিবা ঐনা নংগী ( ভগবানগী ) নফমদা করম্বনা কৈ হায়বসি হংজরি। অনী অসিগী মনুংদা ফগদবা অমা নীংথিনা লেপ্পিরগা মহ ঐংঙোন্দা তাকপীয়ু। ঐ নহাক্কী শিষ্য ওইজরবনি, নংগী খূয়াদা চঙজরবা ঐবু নহাক্কা উপদেশ পীবিয়ু॥ ৭॥

অথুপ্পা বা

অর্জ্জুন অসি ভীষ্মনচিংবা পূম্নমক লান্দা শিথ্রগনি খল্লুবদগী য়াম্না রাখিবনা মথোয়দু হাৎলোই লেপ্লগা সংসারগী নুংঙাই যাইথবা পূম্নমক্কী অপাম্বা থাদোক্লীংই। মতৌ অসুম্না বৈরাগ্য ওইবদগী মহাক্কা "ব্যুথা্যা ভিক্ষাচর্য্যং চরন্তি (বৃ উ ৪।৪।২২)— সংসারদগী বৈরাগ্য ওইরবগী মতুংদা ভিক্ষাগী চেঙ চাদূনা লৈগদবনি হায়বা শ্রুতিগী মতুং ইন্না ভিক্ষাগী চেঙ চাদূনা লৈগে লেপ্পী। অদুগা "যো বা এতদক্ষরং গার্গ্যবিদিত্বা অস্মাল্লোকাৎ প্রৈতি স কৃপণঃ" ( বৃ উ ৩।৮।১ )— "হে গার্গি! অমাঙ অতা লৈতবা ব্রহ্মতত্ত্বসিবু খঙদনা সংসার অসিদগী শিদূনা চৎখিবা মী অদু কৃপণনি ( আত্মাবু খঙদবা অজ্ঞানীনি )" হায়বা শ্রুতিসিগী মতুং ইন্নসু অর্জ্জুন অসি কৃপণ (অজ্ঞানী) ওইবা মরমদগী ভীষ্মনচিংবদা "ঐগীনি" খনবদগী ফংবা সাংসারিক অৱাবাংিং অদুবু কোকথোক্লবগীদমক অমসুং আত্মাগী অশেংবা জ্ঞান ফংনবগীদমক "তদ্বিজ্ঞানার্থং স গুরুমেবাভিগচ্ছেৎ সমিৎপাণিঃ শ্রোত্রিয়ং ব্রহ্মনিষ্ঠম" ( মুণ্ডক ১।২।১২ ) "আত্মতত্ত্ববু খঙননবগীদমক সংসারগী পো শিংদা অপাম্বা থাদোক্লবা মীহুনা খুত্তা উপহার ( অথেনপোৎ ) পুদূনা শ্রোত্রিয় ব্রহ্মনিষ্ঠ গুরুগী খূয়াদা চঙজগদবনি" অসুম্না শ্রুতিনা তাকপা মতুং ইন্না শ্রীভগবানগী শিষ্য ওইদুনা মঙোন্দগী উপদেশ যগে হায়বগীদমক মাগী খূয়াদা চংজখি হায়বসি শ্লোক অসিদা তাকলি॥ ৭॥

ধর্ম্মশাস্ত্রশিংবু নীংথিনা খঙলিবা নহাক্কি, অতোপ্পগী শিষ্য ওইরগা করি কান্নগনি? নঙ নশামক্কা বিচার তৌদূনা চিংনরিবা পূম্নমক অদুবু কোক্লবা ঙোংনৌ হায়রবদা অর্জ্জুন্না অমুক হন্না ভগবান্দা অসুম্না হায়জে—

> ন হি প্রপশ্যামি মমাঽপনুদ্যাৎ
> যচ্ছোকমুচ্ছোষণমিন্দ্রিয়াণাম্।
> অবাপ্য ভূমাবসপত্নমৃদ্ধং
> রাজ্যং সুরাণামপি চাধিপত্যম্॥ ৮॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা:—** ভূমৌ=পৃথিবী অসিদা, অসপত্নং ঋদ্ধং=য়েক্ক তিথং লৈতবা, অমসুং য়াম্না চাওখৎপা, রাজ্যং অবাপ্য=লৈবাক ফংদুনা নিংথৌ ওইরবসু সুরাণাং চ=অদুগা স্বর্গদা দেবতাশিংগী, আধিপত্যং অপি অবাপ্য =মপু ওইবা ইন্দ্রগী পদবী ফাওবা ফংলবসু, মম ইন্দ্রিয়াণাং=ঐগী হকচাং, মন, ইন্দ্রিয়নচিংবা পূম্নমকসিবু, উচ্ছোষণং শোকং= কংহল্লিবা (চাকহল্লিবা) অৱাবসিবু, যৎ

অপনুদ্যাৎ=কোকহনবা ওস্বা করিগুম্বা পোৎ অমবু নহি প্রপশ্যামি=ঐনা লেপ্পমক উবা (খঙবা) ঙম্মজদ্রে। (মরম অসিনা নংগী শিষ্য ওইজদুনা মহু খঙগে হায়বগীদমক নঙোন্দা চঙজরিবনি) ॥ ৮ ॥

অপুনবা অর্থ।— পৃথিবী অসিদা য়েঙ্ক তিন্থ' লৈতবা অমসুং য়াম্না চাওখৎপা লৈবাক ফংদুনা নিংথৌ ওইরবসু, অদুগা স্বর্গদা দেবতাশিংগী মপু ওইবা ইন্দ্রগী পদবী ফাওবা ফংলবসু ঐগী হকচাং, মন, ইন্দ্রিয়নচিংবা পূম্নমকসিবু কংহল্লিবা (চাকহল্লিবা) অরাবা অসিবু কোকহনবা ওস্বা করিগুম্বা পোৎ (উপায়) অমত্ত ঐনা উবা (খঙবা) ঙমজদ্রে। মরমসিদা মহু খঙনবা নঙোন্দা শিষ্য ওইনা চঙজরিবনি ॥ ৮ ॥

## অথুপ্পা বা

শ্লোক অসিদা অর্জুনা— পৃথিবী অসিদা রাজচক্রবর্ত্তী ওইদুনা লৈরবসু নত্রগা ইন্দ্রগী পদবী ফংলবসু মাগী অরাবদু কোকনি উদে হায়রি। মসিগী মরমদি অজ্ঞানা মরম ওইদুনা জীবনা সংসার অসিদা অরাবা ফংবসি, জ্ঞান ফংদুনা অজ্ঞান মাঙলবতদা কোকপা ঙমগদবনি মহু নত্তবা উপায় অমত্ত লৈতে। দেবতাশিংগী মপু ওইদুনা ইন্দ্রনচিংবা পূম্নমকসিসু য়াম্না রানা লৈ হায়বসি ইতিহাস পুরাণনচিংবা ধর্ম্মশাস্ত্রশিংদগী নীংথিনা খঙবা ঙম্মিবনি। মসিদ নত্তবা দেবতাগী খুৎমসিবু পুণ্যকর্ম্মগী মহয় ওইরদগী নোংমা শোয়দনা মাঙগদবনি, কদৌঙৈদসু মহু লেঙদনা লৈবা য়ারোই। "যৎ কৃতকং তদ্ অনিত্যম্" "হায়বদি কর্ম্মনা ফংবা ফল লেঙদনা লৈতে হায়বা নিয়মসি কায়দবনি। মরম অসিনা শ্রুতিনা তাক্লি— 'তদ যথেহ কর্ম্মচিতো লোক ক্ষীয়তে এবমেবামুত্র পুণ্যচিতো লোকঃ ক্ষীয়তে" (ছা উ ৮।১।৬) সংসার অসিদা কর্ম্ম তৌদুনা ফংলিবা মহয় ওইবা ভোগ মাঙবগী মতৌগুম্না স্বর্গনচিংবদসু পুণ্যকর্ম্ম তৌদুনা ফংলিবা ইন্দ্রপদবীনচিংবা ভোগ পূম্নমকসু লেঙদনা লৈত্রে।" মরম অসিদগী অর্জুনা ভগবান্দা অস্মুম্না হায়জরিবনি — লান অসিদা ভী নচিংবা পূম্নমকপু ল্লাত্তুনা জয় ওইরবসু মহুদগী ঐগী অরাবসি কোকনি হায়বা উদে অদুগা মহু কোকপা অতোপ্পা উপায়সু খঙদে। অদুগা অরাবসি কোকপা উপায় শাস্ত্রনা 'আচার্য্যবান্ পুরুষো বেদ" (ছা উ ৬।১৪।২)— গুরুগী চরন্দা চঙজরবা মীদনা অরাবা কোকপা উপায় খঙবা ঙম্মি" অস্মুম্না তাক্লি। মরম অসিনা ঐ নঙগী শিষ্য ওইজদুনা নঙোন্দা (ভগবান্দা) চঙজরিবনি অরাবা অসি কোকপা নহাক্না উপদেশ পীবিযু।

অর্জুনা ভগবান্দা হায়জরিবা অস্মুম্না নারদ নসু সনৎকুমারগী মফমদা হায়জখি— "শ্রুতং হ্যেব মে ভগবদ্দৃশেভ্যস্তরতি শোকমাত্মবিদিতি সোঽহং ভগব শোচামি তং মা ভগবান্ শোকস্য পারং তারয়ত্বিতি। (ছা উ ৭।১।৩)— আত্মাবু খঙবা মী অরাবদগী লান্থোকই হায়বসি মহাকুনা শিংদগী ঐনা তাজরম্মী। হে ভগবন। ঐদি রাদুদা লৈজরবনি, মরম অসিনা নহাক্না কৃপা তৌবিদুনা ঐবু অরাবসিদগী লান্থোকপীয়ু ॥"

অসিগুম্বা অৱাবা কোক্লবা উপায় আত্মজ্ঞান ফংঅীংনবা অর্জুন অসিস্তু সংসারগী অপাম-মিহৌ পুম্নমক থাদোক্লগা আত্মজ্ঞানগী অধিকারী ওইদুনা শ্রীভগবানগী চৰন্দা চঙজখি হায়বসি শ্লোক অসিনা উৎলি ॥ ৮ ॥

মতুংগী মতুংদা অর্জুননা করি তৌখি হায়বসি ধৃতরাষ্ট্রনা খঙনীংলবদা সঞ্জয়না অস্মুম্না তাকই—

সঞ্জয় উবাচ

এবমুক্ত্বা হৃষীকেশং গুড়াকেশঃ পরন্তপঃ।
ন যোৎস্য ইতি গোবিন্দমুক্ত্বা তূষ্ণীং বভূব হ ॥ ৯ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা :**— সঞ্জয় উবাচ- সঞ্জয়না ধৃতরাষ্ট্রগী মফমদা হায়খি— গুড়াকেশ পরন্তপ = তুম্ববু জয় তৌবুনা থম্মগা অতনবা পুম্নমক থাদোক্লবা অমস্তু য়েক্লবশিংবু অৱাবা পীৱিবা অর্জুননা, হৃষীকেশ গোবিন্দ =ইন্দ্রিয়শিংগী মপু ওইবুনা পুম্নমকপু খঙলিবা গোবিন্দবু, এবং উক্ত্বা= অহানবদা "লান্দা ভীষ্মনচিংবদা করম্না তেন কাপকনি অসিনচিংবা হায়রগা, ন যোৎস্য ইতি উক্ত্বা =মতুংদা "ঐদি লান তৌরোই হায়বুনা তূষ্ণীং বভুব হ=মহাক তুমিন্না লৈগ্রে ॥ ৯ ॥

**অপুনবা অর্থ :**— সঞ্জয়না হায়খি— তুম্ববু জয় তৌবুনা থম্মগা অতনবা পুম্নমকপু থাদোক্লবা অমস্তু য়েক্লবশিংবু অৱাবা পীবুনা লৈৱিবা অর্জুননা, ইন্দ্রিয় পুম্নমক্কী মপু ওইদুনা পুম্নমকপু খঙলিবা গোবিন্দবু অহানবদা "লান্দা ভীষ্মনচিংবগী মফমদা করম্না তেন কাপকনি" অসিনচিংবা হায়রগা মতুংদা 'ঐদি লান তৌরোই" হায়দুনা মহাক তুমিন্না লৈগ্রে ॥ ৯ ॥

## অথুপ্পা বা

ভৌনশা ওইনা অতনবা থাদোক্লুনা লৈবা অমস্তু মতম পুম্নমক্তা য়েক্লবশিংবু কিহুন্দুনা থম্মা অর্জুননা তুমিন্না লৈখিবহু পুক্নীংদা অৱাবা লাকপদগী মতম থৱগীদমক্কি, কুইনা তুমিন্না লৈরোই হায়বসি "হ" হায়বা ৱাহ্নৈসিনা তাকই। অহুগা ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু হৃষীকেশ ( হৃষীকাণামিন্দ্রিয়াণাং ঈশ নিয়ন্তৃত্বেন সর্ব্বজ্ঞ =ইন্দ্রিয় পুম্নমক্কী মপু ওইবা মৱমদগী পুম্নমকপু খঙদুনা লৈৱিবা ) অমস্তু গোবিন্দ (গোভির্বেদান্তবাণীভির্বিন্দতে লভ্যতে ইতি গোবিন্দঃ=উপনিষৎশিংবু নীংথিনা বিচার তৌৱবতদা মাগী মশক খঙবা ঙম্ববু গোবিন্দ কৌই )— হায়বসিদগী শ্রীভগবান কৃষ্ণনা অর্জুনগী পুক্নীংগী অৱাবহু খঙদুনা মানা ৱারিবহুগী কারণ ( মরূ ) ওইনা লৈৱিবা অজ্ঞানহুবু য়াম্না লায়না লৌথোকপীবা ঙমগনি হায়বসিস্তু খঙহল্লি ॥ ৯ ॥

লান তৌরোই হায়না অর্জুননা লেপ্পবস্তু শ্রীভগবান্দি থৌওইদনা লৈথোকখিদে মাবু তাক্পী তীকপিহনা লান তৌহম্মবা হোৎনখি হায়বসি তাক্লুনা সঞ্জয়না ধৃতরাষ্ট্রগী নীংলিবহু কায়হন্দুনা অস্মুম্না হায়—

**তমুবাচ হৃষীকেশ প্রহসন্নিব ভাবত।**
**সেনযোকভযোর্মধ্যে বিষীদন্তমিদং বচ॰ ॥ ১ ॥**

**অন্বয ব্যাখ্যা** — হে ভারত=ভরত শাগৈদা পোকপা হে ধৃতরাষ্ট্র। সেনযো উভয়ো মধ্যে =তেঙ্গোল অনীহুগী মযাযদা বিষীদন্ত৲ তং=লান অসিদা শাগৈ নাতৈ পুম্নমক শিগ্রগনি খল্লগা ৱাদূনা লৈরিবা অর্জুন্দবু, প্রহসন ইব – ভগবান) এদি নহাকপু য়াম্না হৈ i ৷বা অমস্তুং খৎবনি হাযনা নীলম্নি অহুবু হৌজিক নংাক্তি াঃা পঙবা মী অমা ওইরম্লে াযনা নোক্লবগুম (করেম্নবগুম) তৌহুনা, হৃষীকে। ইদং বচ উবাচ ইন্দ্রিযাংগী মপু ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা মথাগী বাশিং অসিবু হায়বিখি ॥ ১ ॥

অ্যানবা অর্থ — হে ধৃতরাষ্ট্র! তেঙ্গোল অনীহুগী মযাযদা ৱাদূনা লৈরিবা অর্জুন্দবু নোক্ল বহম (করেম্নবহম) তৌহুনা ভগবান হৃষীকেশনা মথাগী বাশিংসিবু হাযবিখি ॥ ১ ॥

অজ্ঞান্না মরম ওইহুনা অর্জুন্দা মোহ অনীখক ওইখি। যাম্না পাম্বা পোংশিংদা পুক্নীং শুমংত্তুনা লৈববু মোহ কৌই। মোহ অনীশিগী মনুংদা সৎ চিৎ আনন্দগী মশক ওইবা অমস্তুং সংসারগী অৱানুংঙাইনচিংবা ধম্ম অমত্ত লৈতবা আত্মাদা, অপৌবা হকচাংনচিংবগা লোয়নন্না শম্নবগুম তৌহুনা মংাযগী ধর্ম্মশিং অহুবু লৌরগা অৱানুংঙাই ফংবগুম তৌহুনা হকচাংনচিংবদা ঐনি হান্না খন্দুনা শুমংত্তুনা লৈবসি মোংনি। মসি সংসারদা অজ্ঞানী ওইহুনা লৈরিবা জীব পুম্নমক্কীনি অর্জুন মশা মতোমদগী নত্তে। অনীশুবা মোহদি অর্জুনা ভীষ্মনচিংবা পুম্নমকসি মাগীনি হাযনা খন্দুনা মখোযবু লান্দা াপসি অধর্ম্মনি ধর্ম্ম নত্তে লেপ্তূনা শুমহত্তূনা লৈবনি। মসি অর্জুন মশা মতোমদগীনি অতোপ্পগী নত্তে। মোহ অসিদগী মানা পাম্বা থাইনগনি খল্লুবদগী নত্রগা থাইনবদগী পোকপা অৱাববু শোক কৌই। মরম অসিনা শোক ওইবগী কারণ (মরম) মোংনি। মোহ ওইবা কাবণ লৈত্রবনি কায্য (থবক) ওইবা শোক (অৱাবা) লৈরোই। মরম অসিদগী অর্জুন্দা অজ্ঞান্দগী ওইরিবা মোং অহুবু লোথোক্কে হাযবগীদমক অস্মুম্না তাকপা হৌই—

**শ্রীভগবান্ উবাচ**

**অশোচ্যানন্বশোচস্ত্বং প্রজ্ঞাবাদাংশ্চ ভাষসে।**
**গতাসূনগতাসূংশ্চ নানুশোচন্তি পণ্ডিতা ॥ ১১॥**

**অন্বয ব্যাখ্যা** —শ্রীভগবান উবাচ=শ্রীভগবান্না হাযখি— ত্বং হে অর্জুন। নহাক অশোচ্যান –ৱাযম থোক্তবা (মখোযগীদমক ৱাবা মতীক চাদবা) ভীষ্ম দ্রোান চংববু, অনু অশোচ =লৌদূনা ৱারি প্রজ্ঞাবাদান চ ভাষসে=অহুগা শাস্ত্রবু নীংথিনা খঙবা লৌশিং ািংবা মী শিংনা হায়গদবা "াগৈ মাঙলবদি শাগৈগী ধম্নশিং মাঙলগ ন অসিনচিংবা ৱা শিংবুস্মু ঙাওলি পণ্ডিতা (পণ্ডা= আত্মবিষয়িকা বুদ্ধি যেষাং তে পণ্ডিতা)=অহুবু আত্মাবু খঙবা মী শিংদি গতাসূন অগতাসূন চ=থৱায় থাগ্রবা (শিগ্রবা) অমস্তুং থবায থাদ্রিবা (হিংলিবা) মী শিংবু, অমু ন শোচন্তি =লৌদূনা কদৌঙৈদস্মু ৱাবা তৌদে ॥ ১১ ॥

**অপুনবা অর্থ ঃ—** শ্রীভগবান্না অর্জ্জুনদা অস্মুন্না হায়বিখি— হে অর্জ্জুন। নহাক ৱাফম থোক্তবা ভীষ্ম দ্রোণনচিংববু লৌদূনা ৱারি, অদুগা শাস্ত্রবু নীংথিনা খঙবা লৌশিং-শিংবা মী-শিংনা হায়গদবা "শাগৈ মাঙলবদি শাগৈগী ধর্ম্মশিং মাঙলগনি" মচিংবা ৱা শিংবুস্সু ঙাঙলি, অদুবু আত্মাবু খঙবা মী-শিংদি শিগ্রবা অমস্যুং হিংলিবা মী শিংবু লৌদূনা কদোংঙদস্সু ৱাদে ॥ ১১ ॥

**অথূপ্পা ৱা**

শ্রীভগবান্না অর্জ্জুনবু ৱাফম থোক্তবা ভীষ্ম দ্রোণনচিংববু লৌদূনা ৱাবসি চুমদে হায়বসিগী মরমদি অসিনি— করিগুম্বা অর্জ্জুন্না ভীষ্ম দ্রোণনচিংবগী হকচাংশিং অদুবু লৌদূনা মখোয়গী হকচাংশিং অসি ঐখোয়দগী খাইনথ্রগনি  হ্লগা ৱাবা থোক্লবদি হকচাংশিংদুদি লান্দা মানা হাত্রবস্সু নোংমা শোংদনা মাঙখিগদবনি, মসি ভীষ্ম দ্রোণনচিংবগীদমক্তস্সু নত্তে, থৱায় পানবা জীব পূম্নমক্কী হকচা শিংগী দশানি। অসিগুম্বা মরী অমত্ত লৈনদবা হকচাংগী মাঙববু লৌরগা ৱাবসিদি লৌশিং শিংবা মীনা তৌবা হৌনদে। অদুগা ভীষ্ম দ্রোণচিংবগী আত্মাবু লৌদূনা ৱাবনি হায়বসিস্সু চুমদে। মরমদি কনাগুম্বা অমত্তগী আত্মা মাঙদে, মাদি মতম পূম্নমক্তা লেঙদনা নিত্য ওইদুনা লৈরিবনি। শ্রুতিনস্সু অস্মুন্না তাক্লি— **"জীবাপেতং বাব কিলেদং ম্রিয়তে ন জীবো ম্রিয়তে"** (ছা উ ৬।১১।৩) —**"জীবনা থাদোক্লবা হকচাংসি শি, জীবদি শিদে।"** মরম অসিনা আত্মাবু লৌদূনা ৱাবসিস্সু অরান্বনি। মতৌ অস্মুন্না হকচাং অমস্যুং আত্মাবু লৌদূনা ৱারগা শাস্ত্র খঙবা মীগুম্না অর্জ্জুন্না ঙাঙলিবদুস্সু চুমদে। মরমদি— শাস্ত্র খঙদবা অচম্বা মীশিংদি শিগ্রবা মচা মপূ, শাগৈ নাতৈগী মী শিংবু লৌদূনা ৱায় অদুগা হি লিবশিংগীদমক্তি ৱাদে। অদুগা মসিগী ওন্ন তৈননা শাস্ত্র খঙবা মীশিংদি শিদ্রিবা মচা মপূ শাগৈ নাতৈগী মীশিংবু লৌরগা— মখোযসি পঙই ফত্তবা লম্বীদা চৎলে, করম্না চাওখৎ কদগে— অসিনচিংবা খন্দূনা ৱায, শিগ্রবা মীগীদমক ৱাদে। অদুগা আত্মাবু নীংথিনা খঙবা অমদুং সংসারবু মিথ্যানি হায়না উরিবা পণ্ডিতশিংদি (জ্ঞানীশিংদি) হিংলিবা অমস্যুং শিগ্রবা অনীমক্তীদ কে করিমত্ত ৱাদে। মরম অসিনা অর্জ্জুনসি শাস্ত্র খঙবা নত্রগা জ্ঞানী অনীসিগী মনুংদা অমত্তস্সু নত্তে হায়বসি ভগবান্না মাবু তাকই ॥ ১১ ॥

হৌজিক "ন ত্বেবা°হং" অসিনচিংবা ১২শুবা শ্লোক অসিদগী ৩০শুবা শ্লোক যাওবদা ভীষ্ম-দ্রোণনচিংগী ৱাফম থোক্তে হায়বসিগী মরম তাক্লি। মদুদা অ নবদা আত্মাবু ভীষ্মনচিংবগী অপৌবা হকচাংদগী অতোপ্পনি হায়বসি সিদ্ধ তৌনবগীদমক **আত্মা নিত্যনি** হায়বসি তাক্লি।

**ন ত্বেবাহং জাতু নাসং ন ত্বং নেমে জনাধিপাঃ॥**
**ন চৈব ন ভবিষ্যামঃ সর্ব্বে বযমতঃ পরম্ ॥ ১২ ॥**

**অন্বয ব্যাখ্যা ঃ—** জাতু=অহানবদা করিগুম্বা মতম অমদা, অহং=পরমেশ্বর ওইবা ঐ, ন আসম্ (ইতি) ন এব—লৈরমদে হায়বা নত্তে, অপি তু (আসমেব)—ঐ শোয়দনা

লৈরম্মী, ত্বং (অপি) ন (আসী ইতি) ন এব=(অর্জ্জুন) নহাকস্মু লৈরমদে হায়বা নত্তে অপি তু (আসী এব)=নঙস্মু শোযদনা লৈরম্মী ইমে জনাধিপা ন (আসন ইতি) ন এব= অহ্নগা মযম অসিদা তিল্লিবা নি থৌশিংসিস্মু লৈরম দ ↔াযবা নত্তে অপি তু (আসন এব)=মখোযস্মু শোযদনা লৈরম্মী। অত পবং চ- অহ্নগা মসিগী মতুংদস্মু সর্ব্বে বযং=এখোয পুম্নমক, ন ভবিষ্যাম (ইতি) ন এব=লৈবোই হাযবা নত্তে অপি তু (ভবিষ্যাম এব)— এখোয় শোযদনা লৈগনি ॥১২॥

**অপূনবা অর্থ** — অ ানবদা কবিগুম্না মতম অমদা পরমেশ্বর ওইবা কৃষ্ণ ঐ াক লৈরমদে হাযবা নত্তে লৈরম্মী নংস্মু লৈরমদে হাযবা নত্তে লৈবম্মী নিংথৌশিংসিস্মু লৈরমদে ↔াযবা নত্তে লৈরম্মী অহ্নগা মসিগী মতু দস্মু ঐখোয পুম্নমক লৈবোই হাযবা নত্তে লৈগনি ॥ ১২ ॥

অথৃপ্পা বা

হৌজিক লৈরিঙৈগী মতম অসিদদি ঐ লৈ ↔াযবসিদা কনা অমত্তা চিংনবা তৌদে। মতৌ অস্মুম্না আত্মাসি মতম অলম্মত্তা নিত্য ↘ইহুনা লৈবদগী অহুগা হকচা াসদি পোাক্তুঙৈগী মমাঙদা লৈবমদবদগী অমস্মুং শিরবা মতুংদা লৈবোহদবগী মরম্না হকচাংদগী ইতোপ তোপ্পা আত্মানি হাযবসি লাযনা লেপ্পা য়াই।

ভগবান অসিস্মু অহানবদা লৈরমদে অনস্মুং মতুংদস্মু লৈরোই হাযবা যাদে। মরমদি— মহাক অহানবদা লৈরমদ্রবদি সংসারসিবু কনানা শেন্থী শাবীরমগনি অহুগা মতু দা লৈত্রবদি কনানা সংসারসিগী প্রলয় তৌগনি ? সংসার অসি হৌনশা ওইনা চত্তুনা লৈরক্লিবনি, মসিবু শাবীবা অমস্মুং মাঙংনবীবা ঙস্বা কনা অমগী যাবদা কান্নথম লৈতে হায়বস্মু যাদে। মরমদি যং দৃবিণাসি তৎ **অনিত্যম্** — মওঙ অমত্তদা লৈতবা অমস্মুং মীংকুপ খুদিংদা মওঙ ↘স্থোক্তুনা লৈবা পো অনিত্যনি" হায়বসি লেঙদবা সিদ্ধান্তনি অনিত্য ওইববদি অহানবদা লৈরমদে অমস্মুং মহুংদস্মু লৈরোই হাযবসি শোয়দবনি। মসিদ নত্তনা অচেতন ওইবা পোত্ত ক্রিয়া (লেঙ খোৎপনচি বা থবক) উবিবসি চেতন অমনা ইনশিল্লবদি অচেতন ওইবা পোৎনা মশা মতোমদনা কদোঙৈদস্মু মহ তৌবা ঙম্মোই অশিবা ↔কচাংনা মশা মতোমদা লেঙ খোত্ত না লৈ ↔াযবসি কনা অমত্তনা হৌজিক ফাওবা উদ্রি অমস্মুং তাদ্রি। মতৌ অস্মুম্না অচেতন ওইবা পৃথিবীনচিংবা পোৎ পুম্নমকস্মিস্মু মখোযবু ইনশিল্লুনা থবক তৌহনবা ঙস্বা চেতন অমা লৈত্রবদি কদোঙৈদস্মু মশা মতোমদা নিযম কায়দনা থবক তৌবা ঙম্মোই। মরম অসিনা শ্রুতিনা তাক্ল— **যতো বা ইমানি ভূতানি জায়ন্তে, যেন জাতানি জীবন্তি, যৎপ্রযন্ত্যভিসংবিশন্তি তদ ব্রহ্ম** (তৈ উ ৩।১।১)— মহুদগী সংসার পুম্নমকসি পোকই, মহুনা মরম ওইহুনা সংসার পুম্নমকসি মাঙবা মতমদা মহুদা তিল্লি, অসিগুম্না মংাক পরমাত্মা ব্রহ্মনি।" **"স ঐক্ষত লোকান্নু সৃজা ইতি"** (এ আ ৪।১)— "মহাক্লা (পরমাত্মানা) লোকশিংসিবু শেমগে হায়না লেপ্পী। **"স ইমাল্লোকাণসৃজত"** (ঐ আ ৪।১।২ — "মহাক্লা লোক

পুম্নমকসিবু শাই।” “স দাধার পৃথিবীং দ্যামুতেমাং” ( ঋগ— ১ । ১২ । ১ )— মংাক্লা পৃথিবী অমসুং দ্যুলোক অনীসিবু ঙাক্লুনা থম্মী। “যস্মিন্ দ্যৌ পৃথিবী চান্তরিক্ষমোতম্” ( মু উ ২।২।৫) “মহাদা ( পরমাত্মাদা ) দ্যুলোক, পৃথিবীলোক অমসুং অন্তরিক্ষলোক তিন্দুনা লৈ।” “ভীষাস্মাদ্বাতঃ পবতে। ভীষোদেতি সূর্য্য ” (তৈ উ ২।৮)— “মাবু কিবনা নুংশিং শীংলি, মাবু কিবদগী নুমিং থোকই।” “তস্য ভাসা সর্ব্বমিদং বিভাতি” ( শ্বে উ ৬। ৪ )— “মাগী মঙাল্না মরম ওইদুনা সংসার পুম্নমকসি ঙাল্লী।” মরম অসিনা সংসারবু শেম্বী শাবীবা, যোকপী থাকপীবা অমসুং মাঙহন তাহনবিবা পরমাত্মা লৈ, অদুগা মহাকমক শ্রীকৃষ্ণ ওইনা অবতার লৌদুনা লৈ হায়বসিদা করিমত্ত চিংনযম থোক্লে। করম্না অবতার লৌই হায়বসিদি “যদা যদা হি ধর্ম্মস্য” অসিনচিংবগী ব্যাখ্যান তৌবা মতমদা বিচার তৌগনি। অদুগা আত্মা নিত্যনি হায়বসিদি ভগবান্না মতুংগী লোকশিংদা নীংথিনা তাক্লদৌরি ॥ ১২ ॥

আত্মা নিত্যনি হায়বসি করম্না খঙবা ঙমগনি? চৈতন্য গুণ লৈবা হকচাং অসিমক আত্মানি হায়না চার্ব্বাকশিংনা যাই। মরম অসিদগী “ঐ নোয়, ঐ কংই, ঐ ঙৌই, ঐ চংলি অসিনচিংবা হায়নরিবনি। মসিদা হকচাংদগী অতোপ্পা আত্মা লৈ অমসুং নিত্যনি হায়বা করম্না য়াগনি? অসুম্না অর্জুন্না চিংনবা থোক্লুনা হংলবদি মহাদা ভগবান্না দৃষ্টান্তগা লোয়না হকচাংদগী অতোপ্পা আত্মা লৈ অমসুং মহা নিত্যনি হায়বসি তাক্লি—

**দেহিনোঽস্মিন্ যথা দেহে কৌমারং যৌবনং জরা।**
**তথা দেহান্তরপ্রাপ্তির্ধীরস্তত্র ন মুহ্যতি ॥ ১৩॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — যথা=হকচাংদগী অতোপ্পা নিত্য আত্মা লৈ হায়বসিদা দৃষ্টান্ত ( খুদম ) অসিনি, দেহিন =হকচাং ফংদুনা লৈরিবা আত্মাসিগী, অস্মিন দেহে=হকচাংসিদা, কৌমারং=অঙাং ওইরিঙৈগী মওঙ, যৌবনং=মথোক কারকপগী মওঙ জরা=অহল ওইবগী মওঙ অসুম্না ৩ থোক্লা খায়রি (মসিদা মওঙ খেন্নবদগী হকচাং খেন্নরবসু আত্মাদি অমত্ত ওইনা অদুম মরৈ), তথা=মতৌ অদুম্না দেহান্তরপ্রাপ্তি =(শিরবা মতুংদসু) আত্মাগী অতোপ্পা হকচাং ফংবনি ( হকচাংগা লোয়ননা আত্মা মাঙদে), তত্র=মরম অসিনা আত্মা নিত্যনি হায়বসিদা ধীর ন মুহ্যতি=আত্মতত্ত্ব খঙবা মীদি শুম ত্তুনা লৈতে ॥ ১৩ ॥

**অপুনবা অর্থ** — হকচাংদগী অতোপ্পা নিত্য আত্মা লৈ হায়বসিদা দৃষ্টান্ত অসিনি— হকচাং ফংদুনা লৈরিবা আত্মাসিগী হকচাংসিদা অঙাং ওইরিঙৈগী মওঙ, মথোক কারকপগী (পাখং ওইরকপগী) মওঙ অমসুং অহল ওইবগী মওঙ অদুম অসি খেন্নরবসু আত্মাদি অমত্তা ওইনা লৈ, মতৌ অদুম্না আত্মাগী অতোপ্পা হকচাং ফংবনি হায়বদি অহানবগী হকচাংগা লোয়ননা আত্মা মাঙদে, মরম অসিনা আত্মা নিত্যনি হায়বসিগী মরমদা আত্মতত্ত্ব খঙবা মীদি শুমহত্তুনা লৈতে। ১৩।

## অথৃপ্পা বা

চৈতন্য গুণ লৈবা হকচা৲ অসিমক আত্মানি হায়বসি য়াদে। মরমদি হকচা৲ অসি আত্মা ওইরবদি মহাক "অঙা৲ ওইরিবৈগী মতমদা শান্ন খোংনহনা লৈরম্বা ঐ অহ হৌজিক অহল ওইরবা মতমসিদা ইচা-ইশূশিং বু যেংহনা লৈরি" হায়বা ঙম্মোই। অঙা৲ ওইরিবৈগী চৈতন্য গুণ লৈবা হকচা৲দগী অহল ওইবা মতমদা চৈতন্য গুণ লৈবা হকচা৲ অতোপ্পা অমনি, অঙা৲ ওইরিবৈগী হকচা৲ অহুমক অহল ওইবা মতমগী হকচা৲নি হায়বা যাদে। মতৌ অসুম্না হকচা৲ খেন্নবদগী মখোয়দা লৈবা চৈতন্য গুণ অহুসু শোযদনা খেন্নগনি, পোং অমদা লৈবা গুণ অহুমক অতোপ্পা পোং অমদা লৈতে, মরমদি মশক মতৌ মান্নে হায়দূনা অঙাঙবা গুলাপ লৈ অমদা লৈবা অঙাঙবা মচু অহুমক অতোপ্পা অঙাঙবা গুলাপ লৈদা লৈ হায়বা যাদে। অহুগা নীংশিংবা অসিদি হান্না খঙদূনা লৈরিবা মী অহগীনি। চন্দ্রমণি কৌবা মী অমনা করিগুম্বা পোং অমবু খঙলগা মতুংদা পোং অহুবু সুরেন্দ্র কৌবা অতোপ্পা মী অমনা নীংশিংই হায়বসি ওইথোক্কবনি। খঙবা অমসুং নীংশিংবা অনীসিগী কত্তা মী অমত্ত ওইগদবনি হায়বসি নিযমনি। মরম অসিনা অহল ওইরবা মতমদা লৈরিবা হকচা৲ অহুনা "শান্ন খোনদূনা লৈরম্বা ঐ অহু" হায়না নীংশিংবা ঙম্মোই, মরমদি শান্ন খোংনবা খঙলম্বা অঙা৲ ওইরিবৈগী হকচা৲ অহ অহল ওইবা মতমগী হকচা৲ নত্তে। মরম অসিনা অঙা৲ ওইরিবৈগী হকচা৲দগী হৌহনা অহল ওইবা মতমদা লৈরিবা হকচা৲ ফাওবদা লেঙদনা লৈহনা খঙবা অমসুং নীংশিংবা ঙম্বা অহুগা মখোয়দগী অতোপ্পা আত্মা লৈ হায়বসি শোযদনা য়াগদবনি। মতৌ অসুম্না মপোক অসিদা অঙা৲ ওইরিবৈগী হকচা৲দগী অহল ওইবা মতমগী হকচা৲ ফাওবদা, অতোপ অতোপ্পা হকচা৲শিং ওইরবসু মখোয় অহুদা লেংদবা (নিত্য ওইবা) আত্মা লৈবগুম্না, মপোক অসিগী হকচা৲ থাদোক্কুনা অতোপ্পা মপোক্তা আত্মা অহুনা অতোপ্পা কচা৲ লৌই হায়বসিদা চি নবা লৈরোইদবনি। মসিদ নত্তনা শিরবা মতনদা হকচা৲ অসিদি তাহনা লৈ, মতুদা চৈতন্য গুণ লৈতে, চৈতন্য হকচা৲গী গুণ ওইরবদি মহাক কদোইঙৈদসু হকচা বু থাদোক্কুনা চ পা ঙম্মোই। গুণ গুণীবু (গুণ লৈবা পোংপু) থাদোক্কুনা চৎলী হায়বা য়াদে। মরম অসিদগীসু হকচা৲দগী অতোপ্পা চেতন আত্মা লৈ হায়বসি শোয়দনা য়াফম থোকই। অহুগা "ঐ নোয়, ক ই, ঙৌই, চংলি অসিনচি বা হায়রিবসিদি ব্যবহারগী মতমদা হকচা৲ অমসুং চেতন আত্মা অনীসি অমত্ত ওইনা লৈবগুম তৌবদগী হকচা৲গী নোয়বা ঙৌবনচিংবা ধর্ম্ম লৌরগা আত্মাদা আরোপ তৌবনি, "ঐ হকচা৲নি অসুম্নদি কদোইঙৈদসু হায়নদে, "ঐগী হকচা৲নি" অসুম্না হায়নৈ। মসিদগীসু আহা হকচা৲দগী অতোপ্পনি হায়বসি লেপ্পা ঙম্মী। খুদম ওইনা — য়োংপু মৈদা ঈক্কুনা শারবদা মৈ অমসুং য়োং অমত্ত ওইনা লৈবগুম তৌবদগী মৈগী অশাবা ধর্ম্মহু য়োত্তা আরোপ তৌরগা "য়োং শাাই হায়নৈ, "য়োং মৈ নী" হায়নদে। মতৌ অসুম্না "ঐ নোয়,

ঙৌই" অসিনচিংবদস্থ খঙগদবনি। অদুগা "ঐগী হকচাংনি" হায়রবদি "ঐগী লাইরিকনি" হায়বগুম্না হকচাং অসি ঐঙোন্দগী (আত্মাদগী) অতোপ্পনি হায়বসি সিদ্ধ ওই। লৈবাক্কী চক্সুনি, সনাগী লীকনি— অসিনচিংবা হায়বদদি লৈবাক অমস্থং চক্সু অদুগা সনা অমস্থং লীক্ত মওং খেন্নরবস্থ অশেংবা ওইমদি চক্সু লৈবাক্তগী অদুগা লীক সনাদগী খেন্নদ্রবস্থ মদুদা "লৈবাক্কী চক্সুনি" হাযবদি "লৈবাক্কা শাবা চক্সুনি" অমস্থং "সনাগী লীকনি" হায়বদি "সানানা শাবা লীকনি তাকপনি, অদুগা "ঐগী হকচাংনি" হায়বসিদদি "ঐনা শাবা হকচাংনি" হায়বা য়াদে। মরম অসিনা "ঐগী হকচাংনি" হায়বদা আত্মা অমস্থং হকচাংদা খেন্নবা লৈ হায়বসি সিদ্ধ ওই।

অস্থুম্না হকচাংদগী তোপ্পা সিদ্ধ ওইগ্নিবা আত্মাসি নিত্য ওইবা মরমদগী শোয়দনা মফম পুম্নমক্তস্থ শীন্ন-থুংনা লৈগনি মরমদি মফম অমদা লৈরগা অতোপ্পা মফম অমদা লৈতবা পোৎ কদৌঙৈদস্থ নিত্য ওইবা য়াদে। মতৌ অস্থুম্না আত্মা নিত্য ওইবদগী মফম পুম্নমক্তা লৈরবদি আত্মা ময়াম মত্তে, অমত্তনি হায়বসিস্থ সিদ্ধ ওই। ময়াম ওইনা উরিবসিদি আকাশ অমত্ত ওইরবস্থ চক্সু, য়ুম্নচিংবদা চক্সু মনুংগী আকাশ, য়ুম মনুংগী আকাশ অসিনচিংবা লৌরগা ময়াম ওইনা খঙঘগুম্না উপাধি ওইবা অন্তঃকরণশিং ময়াম ওইবদগীনি। মরম অসিনা শ্রুতিনা অস্থুম্না তাকলি—

"আকাশবৎ সর্ব্বগতশ্চ নিত্য" (ছা উ ৩/১৪/৩)— "আকাশগী মতৌগুম্না আত্মা মফম পুম্নমক্তা শীন্ন থুংনা লৈ অমস্থং নিত্যনি (মাঙবা লৈতে)।

"একো দেবঃ সর্ব্বভূতেষু গূঢ় সর্ব্বব্যাপী সর্ব্বভূতান্তরাত্মা" (শ্বে উ ৬/১৯)—"চৈতন্যগী মশক ওইবা দেব অমা থবায় পানবা পুম্নমক্কী মনুংদা থুপ্পুনা লৈ, মহাক মফম পুম্নমক্তা শীন্ন থুংনা লৈ অমস্থং থবায় পানবা পুম্নমক্কী মনুংদা লৈবা আত্মানি।"

**এক এব হি ভূতাত্মা ভূতে ভূতে ব্যবস্থিতঃ।**
**একধা বহুধা চৈব দৃশ্যতে জলচন্দ্রবৎ॥** (ব্র বিং ১২)

"থবায় পানবা পুম্নমক্কী আত্মা অমত্তনি, মহাক থবায় পানবা খুদিংমক্তা লৈ। অশেংবদা মহাক অমত্ত ওইরবস্থ ঈশিংদা থা ময়াম উবগুম্না থবায় পানবা পুম্নমক্তা ময়াম ওইনা উই।"

মতৌ অস্থুম্না থবায পানবা পুম্নমক্ত অমত্ত ওইবা লৈবা আত্মতত্ত্ববু খঙবা মীদি অন্ত করণ উপাধিনা মরম ওইদুনা হকচাং অসিবু থাদোক্তুনা চংখিবা আত্মাগী মরমদা শুমহত্তূনা বাদে। অদুবু অর্জ্জুনদি ভীষ্মনচিংবা পুম্নমকসি লৈররোই খল্লুবদগী নুংশিবা মরম্না শুমহত্তূনা বারি। মসি আংগাগী মশক খঙদদুনা তৌবনি হায়বসি ভগবান্না অর্জ্জুনগী মফমদা তাকলি। ১৩।

আত্মা নিত্যনি (মাঙবা লৈতে) খঙবা মীনা মাবু মাঙগনি খন্দুনা বাবা চুমদে হায়বসিদি খঙজরে, অদুবু ভীষ্ম-দ্রোণনচিংবগী হকচাংশিংদি লানসিদ্রা শোয়দনা মাঙগদৌরি। মরম অসিনা মখোয়দগী খাইনগনি খল্লুবদগী পুক্নীংদা য়াম্না বায় হায়ন্না অর্জ্জুনা হায়রবদা; আত্মতত্ত্ব খঙবা

মীশিংনা আত্মাদা অরা নুংঙাই লৈতবদগী অসিগুম্বা অৱাবসিদি অন্তঃকরণগা লোয়ননা শম্নবগুম তৌবদগী আত্মাদা উবগুম তৌবনি , মসিদি শোয়দনা খাঙদুনা লৈগদবনি, খাঙবা মতমদা অতোপ্পা উপায় অমত্ত লৈতে হায়দুনা অকুপ্পা হকচাংদগীসু আত্মা শম্নদে হায়বসি ভগবাননা তাকলি—

মাত্রাস্পর্শাস্তু কৌন্তেয় শীতোষ্ণসুখদুঃখদাঃ।
আগমাপায়িনোঽনিত্যাস্তাংস্তিতিক্ষস্ব ভারত ॥ ১৪॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— কৌন্তেয় = কুন্তীগী মচা হে অর্জুন। মাত্রাস্পর্শা তু =( আভিঃ রূপরসাদয় বিষয়া মীয়ন্তে জ্ঞায়ন্তে ইতি মাত্রাঃ = চক্ষুরাদীনি ইন্দ্রিয়াণি ) মখোয়না মরম ওইদুনা রূপ-রসনচিংবা ভোগ্য বিষয় খঙবা য়াবা মীৎ-লৈয়েঙনচিংবা ইন্দ্রিয়শিং, ( চক্ষুরাদিভি ইন্দ্রিয়ৈঃ স্পৃশ্যন্তে গৃহ্যন্তে ইতি স্পর্শা = রূপরসাদয়ঃ বিষয়াঃ ) অহুমা মীৎমচিংবা ইন্দ্রিয়শিংনা লোবা য়াবা রূপ-রসনচিংবা বিষয়শিং মখোয়শিংসিদি, শীতোষ্ণসুখদুঃখদা = অঙৌ অশা, অরা নুংঙাইনচিংবু পীদুনা লৈরিবা ওাক্কনি, মরম্না— মখোয়না মরম ওইদুনা রূপ রস নচিংবা বিষয় খঙবা য়াবা মীৎনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংগা লোয়ননা রূপ-রসনচিংবা বিষয়শিংগা ( স্পর্শ ) শোক্ক-শম্নবা অসিদি অঙৌ-অশানচিংবনা মরম ওইদুনা অরা নুংঙাইনচিংবু পীদুনা লৈরিবা ওাক্কনি, আগমাপায়িন = মখোয়সি চংথোক-চংশিন তৌদুনা লৈ ( পোকপা শিবা নাই লেঙদনা লৈতে ), অনিত্যা = মরম অসিনা মাওংদোবা ওাক্কনি। ভারত— ভারতকী শাগৈদা পোকপা হে অর্জুন! ( মরমগা ভা—প্রকাশাত্মিকা ব্রহ্মবিদ্যা, তস্যামেব রমতে ইতি ভারত, তস্য সম্বোধন, ভারত= মঙালগী মশক ওইবা ব্রহ্মবিদ্যাবু ফংগে হোৎনরিবা হে ধনঞ্জয়।) তান্ তিতিক্ষস্ব = মখোয়হুবুদি ( অঙৌ অশা, অরা-নুংঙাইনচিংবহুবুদ ) খাঙদুনা লৈনবা হোৎনৌ ॥১৪॥

অপুনবা অর্থ।— কুন্তীগী মচা হে অর্জুন। মীৎ, লৈয়েঙনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংগী অমম্ভ রূপ রসনচিংবা ভোগ্য বিষয়শিং অসিদি অঙৌ অশা, অরা নুংঙাইনচিংবু পীদুনা লৈরিবা ওাক্কনি ( মরমগা মীৎ লৈয়েঙনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংগা লোয়ননা রূপ রসনচিংবা বিষয়শিংগা শম্নবা অসিদি অঙৌ, অশানচিংবনা মরম ওইদুনা অরা নুংঙাইনচিংবু পীদুনা লৈরিবা ওাক্কনি ), অহুগা মখোয়সি পোকপা শিবা নাইবা মরমনসি মাওংদোবা ওাক্কনি। মরম অসিনা আত্মজ্ঞানবু ফংবীদুনা হোৎনরিবা হে ধনঞ্জয়! নহাক মখোয়শিংবু খাঙদুনা লৈনবা হোৎনৌ ॥১৪॥

## অথুম্বা বা

অঙৌবসি করিগুম্বা মতম অমদদি নুংঙাইবা পী, অহুগা অতোপ্পা মতম অমদনা অৱাবা পী, মতৌ অদুম্না অশাবা অসিসু করিগুম্বা মতম অমদদি নুংঙাইবা পী, অহুগা অতোপ্পা মতম অমদদি অৱাবা পী , হায়রিবা অসি রূপ রসনচিংবা ভোগ্য বিষয় পুম্নমকী ওইরিবনি, মখোয়গী অৱা-নুংঙাইনচিংবা ফংবসিদা লেঙদবা করিগুম্বা নিয়ম অমত্ত লৈতে। অসিগুম্বা অৱা নুংঙাইনচিংবা পুম্নমকপি আত্মাগী মতৌ, আত্মাদি নিত্য ওইদুনা মকম পুম্নমক্তা পীম্নঙনা লৈরিবনি , মহাক্কি

নির্গুণনি ( করিগুম্বা গুণ অমত্ত লৈতবনি )। মহাকপু শ্রুতিনস্থ অস্থুম্না তাকলি—“সাক্ষী চেতা কেবলো নির্গুণশ্চ” ( শ্বে উ ৬/১০ )—“আত্মাসি সাক্ষীনি, চেতনগী মশক্তি, অনীশুবা লৈতবনি অমস্থং নির্গুণনি।” অদুবু অন্তঃকরণ ওইবা উপাধিগা লোয়নবা ওইবগুম তৌদুনা হকচাংসিদা লৈবা মতমদা অন্তঃকরণদা লৈবা অরা-মুংঙাইবশিংবা অদু আত্মাগী ওইনা খঙবগুম তৌই। মসিগী খুদম ওইনা— অশেংবা ঈশিংদা হৌনশা ওইনা মুংশিবা নত্রগা মমথীবা মমম অমত্ত লৈতে, মদুদি ( মমমদি ) পৃথিবীগী ( লৈবাক্কী ) ধর্ম্মনি। অদুবু ঈশিং লৈবাক্তা লোয়নবা তিন্নবদগী লৈবাক্তা লৈবা মমম অদু ঈশিংদা লাক্লুনা— ঈশিং মমম মুংশি, ঈশিং মমম মমথী— অসিনচিংবা হায়বনি। মতৌ অদুনা মকম অসিদস্থ অন্তঃকরণনা মকোক ওইদুনা লৈরিবা অকুপ্পা হকচাংদা লৈবা অরা মুংঙাইবনচিংবসি ধর্ম্মনি। মীংনচিংবো জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা, খুৎমচিংবো কর্ম্মেন্দ্রিয় মঙা, প্রাণ মঙা, মন অমস্থং বুদ্ধি তরাতরেং অসি তিন্নগা অকুপ্পা হকচাং ওই। মসিদা মন অমস্থং বুদ্ধি অনী অসিদি অন্তঃকরণগী অতোপ অতোপ্পা মওংনি, অন্ন করণ অসিদা অতোপ্পা ইন্দ্রিয়শিংনা মুখ্য ওইদুনা অরা-মুংঙাইনচিংবা পুম্নমকসি ওইদুনা লৈরিবনি। মরম অসিনা শ্রুতিনা তাক্লি— “কামঃ সংকল্পো বিচিকিৎসা শ্রদ্ধাঽশ্রদ্ধা ধৃতিরধৃতির্হ্রীর্ধীর্ভীরিত্যেতৎ সর্ব্বং মন এব” (বৃ. উ ১/৫/৩) —“পাম্ব, তৌগে হায়না লেপ্পা, চিংনবা, থাজবগা লোয়নবা ভক্তি তৌবা, থাজবগা লোয়নবা ভক্তি তৌদবা, তপথদবা, ইকাইবা, লৌশিং, কিবা— মসি পুম্নমকসি মন মক্তি ( মনগী ধর্ম্মনি )।”

মরম অসিনা অরা-মুংঙাইবচিংবা পুম্নমকসি মনগী ( অন্তঃকরণগী ) ধর্ম্মনি, আত্মাগী নত্তে। করিগুম্বা মখোয় অসিবু আত্মাগী গুণনি হায়না য়ারবদি মখোয় অসি পোকপা-মাঙবা লাইবদগী মখোয়গী আশ্রয় ( লৈফম ) গুণী আত্মা অদুসু শোয়দনা বিকারভাব ফংগনি ( মওঙ ওন্থোকনি ), লেঙদনা লৈবা ঙম্মোই। গুণ পোকপা অমস্থং মাঙবদা গুণী বিকারভাব ফংদনা লৈ হায়বসি করিগুম্বা পোং অমত্তদা উদে। আকাশগী গুণ শব্দনি ( খোঞ্জেলনি ), অদুবু মদুদা শব্দ পোকপা মাঙবা ওইরবস্থ আকাশ লেঙদনা লৈ হায়বা য়াদে। আকাশ য়াম্না কুপ্পা পোং অমা ওইবদগী ইন্দ্রিয়গী বিষয় ননুদুনা মাগী বিকারদু ( মওঙ হোংবদু ) এখোয়না খঙদবনি, মাস্থ শব্দ পোকপা অমস্থং মাঙবগা লোয়নবা মওঙ হোংদুনা শোয়দনা লৈরিবনি। মরম অসিনা মহাক অনিত্যনি, নিত্য নত্তে। শ্রুতিনস্থ অস্থুম্না তাক্লি— ‘তস্মাদ্ বা এতস্মাদাত্মন আকাশঃ সম্ভূত” (তৈ উ ২/১) — “আত্মাসিদগী অতোপ্পা নত্তবা পরমাত্মাদগী আকাশ পোক্খি। পোক্লবদি শিবস্থ শোয়দবনি। মরম অসিনা আকাশ অনিত্যনি মসিদ নত্তনা “যৎ বিভক্তং, তৎ অনিত্যং” হায়বা যুক্তি অসিদগীস্থ আকাশ অসি পৃথিবীমচিংবদগী তোঙানবা, মরমদগী শোয়দনা অনিত্য ওইগনি। আত্মাদি পোং পুম্নমক্কী অধিষ্ঠান ওইদুনা লৈবা মরম্না করিগুম্বা পোং অমদগী তোঙান্দে মঙোন্দা আরোপ তৌরগা পোং পুম্নমক লৈরিবনি। মরম অসিনা আত্মাদা অরা মুংঙাইনচিংবা লৈতে হায়বসি শ্রুতিনা অস্থুম্না তাক্লি— “স যৎ তত্র কিঞ্চিৎ পশ্যতি, অনন্বাগতস্তেন ভবত্যসঙ্গো

**হ্যয়ং পুরুষ৹" ( বৃ উ ৪/৩/১৫ )— "মগুনচি৲বদা আত্মা অসিনা য়ে৲লি খোৎলিবা পোৎশি৲ ( অৱা-মু৲ঙাইবনচি৲বা ) অদুগা লোয়ননা করিমত্ত শমুদে হুকচা৲গী মশক ওইবা পুৱসিদা ( কোনু৲সিদা ) লৈবা আত্মা অসি অসঙ্গনি।" "অপ্রাণো হ্যমনাঃ শুভ্রঃ ( মু উ ২/১২ )— "আত্মা অসি ইন্দ্রিয় থৱায়নচি৲বা লৈতবা অমসু৲ মন লৈতবা যাম্না অশে৲বা পোৎনি।" একস্তথা সর্ব্বভূতান্তরাত্মা ন লিপ্যতে লোক দুঃখেন ব্যাহ্যঃ ( কঠ উ ২/৫/১১ )— "থৱায়পামবা পুম্নমক্কী অন্তরাত্মা অমত্তনি মহাক সা৲সারিক অৱা অনাগা লোয়ননা করিমত্ত মরী লৈনদে, তোঙান্না লৈ।"**

মরম অসিদগী অন্ত করণগা লোযননা হুকচা৲সিদা অমত্ত ওইবগুম তৌবদগী আত্মাদা অৱা মু৲ঙাই লৈবগুম তৌবনি অশে৲বমক্তি, আত্মাদা অবা নু৲ঙাইনচি৲বা ধর্ম্ম (গুণ) অমত্ত লৈতে। অজ্ঞানীশি৲না আত্মাগী মশক খঙদবদগী অৱা-নুংঙাইনচি৲ববু আত্মাগীনি খঙনৈ, অদুগা জ্ঞানীশি৲দি অৱা-মুংঙাই নচি৲বা পুম্নমকসি অন্ত করণগী ওইরবসু আত্মাদা উবগুম তৌই হায়না খঙই। মরম অসিনা অন্ত করণগা লোযননা অমত্ত ওইনা লৈবগুম তৌরিবা মতম অদুক্কী মখে আত্মাদা শোয়দনা অৱা-মু ঙাই উদুনা লৈগনি, মদু কদৌঙৈদসু থাদোকপা ঙম্মোই। মরম অসিদগী মধোয়"অদুবু খাঙবা নত্তনা অতোপ্পা উপায় লৈতে হায়না ভগবান্না অর্জ্জুনবু তাক্লিবনি। তুমথুন হুম্না ভুম্বা মতমদদি আত্মা অন্ত করণগা লোযননা অমত্ত ওইনা লৈতবদগী সাংসারিক অৱা মুংঙাই খঙদে হাযবসিদি মী পুম্নমক্না অনুভব তৌদুনা খঙনৱিবনি ॥ ১৪ ॥

অৱা-মু৲ঙাইবু খাঙদূনা লৈবদগী করি কান্নবা ফ৲গনি ? মসিদ নত্তনা অৱা-মু৲ঙাইবু অন্তঃকরণগীনি হাযনা য়ারবদি আত্মাগী বন্ধ মোক্ষ করম্না ওইগনি ? আত্মাদা অৱা নু৲ঙাই লৈতবা মরমদগী অন্তঃকরণগী বন্ধ মোক্ষ সিদ্ধ ওইরগনি স৲সারদা অৱা-মু৲ঙাই ফ৲দুনা লৈরিবদু ধন্ধ ন অদুগা মদু পুমকোক কোকপা অদু মুক্তনি হাযবা অসি অর্জ্জুন্না চি৲নরবদা ভগবান্না, মানা চি৲নরিবদু কোক্লবা অসুম্না তাকই—

যং হি ন ব্যথযন্ত্যেতে পুরুষং পুরুষর্ষভ।
সমদুঃখসুখং ধীরং সোঽমৃতত্বায কল্পতে ॥ ১৫ ॥

**অন্বয ব্যাখ্যা ৹**— পুরুষর্ষভ=নুপাশি৲গী মনু৲দা অথোইবা হে অর্জ্জুন। ধীর৲ ( ধিয়৲ বিষয়েভ্য রাতি নিগৃহ্লাতি ইতি ধীর৲, তম )=ভোগ্য বিষয়শি৲দগী পুক্নী৲বু ফাজীন্দুনা তপ্না লৈবা, সমদু খ সুখ৲=মরম অসিনা অৱা নু৲ঙাই অনীমক ফ৲বদা পুক্নী৲বু চপ মান্নৱা থম্বা, য৲ পুরুষম—মী অদুবু এতে—মথক্তা হায়খ্রিবা মীৎনচি বা ইন্দ্রিয় অমসু৲ রূপ রসনচি৲বা বিষযশি৲সিনা, ন হি ব্যথয়ন্তি= নমথত্নূনা শুমহৎপা ঙমদে স — মদুগুম্বা মী অদু অমৃতত্বায় কল্পতে—মোক্ষ ফ৲বদা মতীক চায়॥ ১৫॥

**অপুনবা অর্থ ঃ**— নুপাশি৲গী মনু৲দা অথোইবা হে অর্জ্জুন! ভোগ্য বিষয়শি৲দগী পুক্নী৲বু ফাজীন্দুনা তপ্না লৈবা, অমসু৲ অৱা-মু৲ঙাই অনীমক্ত পুক্নী৲বু চপ মান্নৱা থম্বা ( অৱাবা ফ৲বা

মতমদা পুক্নী৲ লাণ্ডতক্নদবা অমসু৲ সুংঙাইবা ফংবা মতমদা পুক্নীং হয়াউদবা ) মী অহুবু ইন্দ্রিয় অমসু৲ বিষয়শিং৲না নমথত্তূনা ( ভুমহত্তূনা ) থম্বা ঙমদে , মগুণশা মীনা মোক্ষ ফংবা ঙম্মী ॥ ১৫ ॥

অথুম্বা বা

অরা-সুংঙাইনচিংবা ধর্ম্ম পুম্নমকসি অন্তঃকরণদা লৈরবসু মহাক আত্মাগী উপাধি ওইবা মরমদগী মওোন্দা লৈত্রিবা ধর্ম্মশিং৲ অসুবু মাগ্যা অমত্ত ওইনা লৈবগুম তৌরিনা আত্মাদা উৎলনী। মাগী ধর্ম্মশিং৲বু অতোপ্পগী ওইনা উৎপা ঙম্বা পোৎপু উপাধি কৌই। মরম অসিনা অশেংবা মওঙদা আত্মাদা সাংসারিক অরা-সুংঙাইনচিংবা ধর্ম্ম অমত্ত লৈত্রবসু অত্মানা মরম ওইদুনা আত্মানা অন্ত করণগী ধর্ম্ম অরা সুং৲ঙাইনচিং৲ববু মাগনীনি হায়না খন্ডদুনা লৈবসি বথানি অদুগা আত্মানা মশাগী অশেং৲বা মওঙ খঙদুনা মওোন্দা সাংসারিক অরা-সুংঙাইনচিংবা ধর্ম্ম অমত্ত লৈত্তে লেপ্পসি মোক্ষনি। মতৌ অসুম্না আত্মাদা বন্ধ অমসুং মোক্ষগী ব্যবহার তৌবদা কায়বা লৈত্তে। অরা-সু৲ঙাইনচিং৲বা পুম্নমকসিবু স্বাভাবিক ( হৌনশা ) ওইনা আত্মাগী ধর্ম্ম অমসু৲ গুণশিংনি হায়রন লৌরবদি মাগী কদৌঙুংদসু মোক্ষ ওইবা য়াস্রোই। করিগুম্বা পোৎ অমগী হৌনশা ওইবা ধর্ম্ম অমসুং গুণ, মখোয়গী আশ্রয় ( লৈফম ) ওইদুনা লৈরিবা পোৎ অদু মাঙদনা মখোয় হান্না মাঙবা ঙমদে মখোয় অদু মখোয়গী আশ্রয় ওইবা পোৎকা লোয়নना মাঙই হায়বনি নিয়মনি। মঙাল অমসুং অশাবা অমীসি মৈগী ধর্ম্ম অমসু৲ গুণনি মৈ মাঙত্রিঙৈগী মমাঙদা মঙাল অমসুং অশাবা মাঙগ্রে, অদুগা মৈসি লৈহৌই হায়বসি যাদে অমী অসিগী মাঙবগা লোয়নবা মৈসু শোক্ননা মাঙগদবনি। মরম অসিনা অরা-সু ঙাইনচিং৲বা পুম্নমকসি আত্মাগী হৌনশা ওইবা ধর্ম্ম অমসুং গুণ ওইরবদি আত্মা কদৌঙৈদসু মোক্ষ য৲বা ঙম্মোই। মসিগী মরমদা অসুম্না হায়রি—

আত্মা কর্ত্রাদিরূপশ্চেন্না কাংক্ষীস্তর্হি মুক্ততাম্।
ন হি স্বভাবো ভাবানাং ব্যাবর্ত্তেতৌষ্ণ্যবদ্ রবে॥

"অশেং৲বা মওঙদা আত্মা কর্ত্তা ভোক্তানচিং৲বা ওইরবদি মোক্ষ ফং৲গনি হায়না নীং৲বা তৌগনু। সুমিৎকী অশাবগী মতৌগুম পোৎশিং৲দা লৈবা স্বভাব ( হৌনশা ওইবা মওঙ ) কদৌঙৈদসু পোৎশিং৲দুবু থাদোক্কনা মাঙদে।"

মরম অসিনা আত্মানা স৲সার অসিদা অরা-সু৲ঙাই ফং৲দুনা লৈরিবসি হৌনশা নত্তে, অন্তঃকরণ উপাধিনা মরম ওইদুনা আত্মা অরা-সু৲ঙাই ফং৲বগুম তৌবনি। 'মসিগী মরমদা শ্রুতিনসু অসুম্না তাক্লি— "আত্মেন্দ্রিয়মনোযুক্তং ভোক্তেত্যাহুর্মনীষিণঃ" ( কঠ ১/৩/৪ )—ইন্দ্রিয় অমসু৲ মনগা লোয়নবা আত্মাবু ভোক্তানি অসুম্না রাখল চাউবা জ্ঞানীশিং৲না হায়।" মতৌ অসুম্না ইন্দ্রিয় অমসু৲ মনগা লোয়নবা ভিন্নবগুম তৌবগী আত্মাদা অরা-সুংঙাইনচিং৲বা উবনি, অশেং৲বা মওঙদা আত্মাদা

মখোয় লৈতে হায়বা তাক্লুনা ভগাবান্না— অরা-নু্ংঙাই খাঙদুনা মখোয়দা চপ মান্নবা মীৎয়েং য়েংহনবা লৈয়্ হায়না অর্জ্জুনবু খঙহল্লিবনি। মতুঙদা মোক্ষ ফংবা ঙম্মগদবনি। ৫।

অঙৈং অশা, অরা নুংঙাইবনচিংবা অসিবু খাঙদুনা লৈরবস্নু মখোয়সিদগী নাক্নোক্লুনা মোক্ষ ফংবসিদি ওইথোক্তবগুম খল্লী, মরমদি মখোয়সিগী কারণ ( মরম ) সংসারসি লৈব্রিবা মতম অহুকী মথৌ মখোয়সিবু আত্মানা ফংলুনা শোয়দনা লৈগনি হায়না অমুক হন্না অর্জ্জুন্না চিংনরবদা, মখোয়গী কারণ সংসার অসি মায়াগী কার্য্য ওইবা মরমদগী অওইবা পোৎ মত্তবা মরন্না আত্মা মোক্ষ ফংবা ঙম্মগনি হায়বসি ভগবান্না অস্নুন্না তাকলি—

**নাসতো বিদ্যতে ভাবো নাভাবো বিদ্যতে সতঃ।**
**উভয়োরপি দৃষ্টোঽন্তস্ত্বনয়োস্তত্ত্বদর্শিভিঃ ॥১৬॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা**ঃ— অসতঃ—লৈ হায়না উররবস্নু ওইদবা পোৎকী, ভাব ন বিদ্যতে—সত্তা লৈতে (লৈ হায়বা য়াদে), সত —অহুগা অওইবা পোৎকী অভাবঃ ন বিদ্যতে—করিগুম্বা মতমদস্নু সত্তা লৈলতে হায়বা য়াদে ( মহাক মতম পুম্নমক্তা লৈ )। উভয়োঃ অপি অনয়োঃ = মতৌ অস্নুন্না অওইবা অমস্নুং ওইদবা পোৎ অনীসিগী অন্তঃ তু=থাক্তেংশেংবা মশক মওঙ অহুবু তত্ত্বদর্শিভি —বিচার তৌহুনা পোৎপু মীংথিনা খঙবা জ্ঞানীশিংনা, দৃষ্ট —লেপ্পী।

**অপুনবা অর্থ**ঃ— লৈ হায়না উর-খঙলবস্নু ওইদবা পোৎ লৈ হায়বা য়াদে অহুগা অওইবা পোৎ করিগুম্বা মতমদস্নু লৈতে হায়বা য়াদে। মখোয় অনীসিগী থাক্তেংশেংবা মশক মতৌ অহুস্নু বিচার তৌহুনা, মীংথিনা খঙবা জ্ঞানীশিংনা লেপ্পী।

## অথুপ্পা বা

করিগুম্বা পোৎ অমদা চঙজহুনা অমত্ত ওইবগুম্না লৈবা পোৎ ওইদবা পোৎনি, মসিবু অসৎ কৌই। মহাক মতম অহুম্মক্তা লৈত্রবস্নু মানা চঙজরিবা পোৎ অহুগী "লৈ" হায়বা ধর্ম্ম ( সত্তা ) অহু লোরগা মশাবুস্নু লৈ হায়না উৎপা ঙম্মী, অসিগুম্বা পোৎ অসিবু মিথ্যা হায়নস্নু কৌনৈ। অহুগা করিগুম্বা পোৎ অমদা চঙজদনা মতম অহুম্মক্তা লেঙদনা মশাগী মওঙদা লৈবা পোৎ অওইবনি মসিবু সৎ কৌই। মরম অসিনা "লৈ" হায়বা ধর্ম্মসি ( সত্তাসি ) মাগী অশেংবা ধর্ম্মনি মহাক মত্তনা অতোপ্পা পোত্ত ( ওইদবা মিথ্যা ওইবা পোত্ত ) লৈ" হায়বা ধর্ম্ম ( সত্তা ) অসি লৈতে। অমরোমদা হায়রগা ঐখোয়না পোৎ অনীসিবু ব্যবহারগী মতমদা অশিবা পোৎ ( অচেতন ) অমস্নুং অচঙবা পোৎ ( চেতন ) হায়না খায়দোক্লুনা শীজিন্নবা য়াই। হকচাংনচিংবা উরিবা পোৎ পুম্নমকসি অশিবা পোৎ ঙাক্তনি, অদুগা সুপ্না আত্মাসি অচঙবা পোৎনি। অশিবা পোৎ অসিবু জড়" হায়নস্নু কৌই। মসি ওইদবা পোৎ ( অসৎ ) ওইবা মরমদগী অওইবা পোত্ত ( সৎ আত্মাদা ) চঙজহুনা মাগা অমত্ত ওইনা লৈবগুম তৌবদগী সৎ আত্মাগী "লৈ" হায়বা ধর্ম্মসি ( সত্তাসি ) লোদুনা লৈ, মদুদগী ঐখোয়না

"ফি লৈ", "চফু লৈ" আসনচিংবা শীজিন্নৈ। মসিগী মরমদা অপোৌবা খুদম অমা ওইনা হায়রবদি—লংগী লৈববু লৌদুনা "ফি লৈ" হায়বগুম্বনি মত্রগা থৌরাংগী লৈবরু লৌরগা "লিল লৈ" হায়বগুম্বনি। অশেংবমক্তি ফি অমসুং লিল ওইদবা পোৎ (অসৎ) ওইবা মরমদগী লৈতে। মতৌ অস্মুম্না অওইবা পোৎকী (সৎ কী) লৈববু লৌদুনা অচেতন ওইবা সংসার পুন্নমকসি লৈ হায়নবনি অশেংবদদি সংসার লৈতবা পোৎনি। মরম অসিনা শ্রুতিনা অস্মুম্না তাক্লি— "সদেব সোম্যেদমগ্র আসীদেকমেবাদ্বিতীয়ম্"—(ছা উ ৬/২/১)—"হে সোম্য! উরিবা সংসার পুন্নমকসি অহাবদা (সৃষ্টিগী মমাংদা) অনীশুনা লৈতবা অমসুং অমত্ত ওইবা সং মত্ত ওইনা লৈরম্মী।" "ঐতদাত্ম্যমিদং সর্বং তৎ সত্যং স আত্মা তত্ত্বমসি" (ছাঃ উ ৬/৮/৭)— "মরম অসিনা উরিবা সংসার পুন্নমকসি সৎ-কী মশক্তি (সং মত্তবা অতোপ্পা নত্তে), সং অদু সত্যনি মতম অহম্মক্তা লেংদনা লৈবা পোৎনি, মশক আত্মানি, সং অদু মহাকমক্লি।'

মরম অসিনা সং ওইবা আত্মাদগী অতোপ্পা, সংসার লৈতবদগী অরা-সুংডাইনচিংবগী মরম ওইদুনা লৈক্লিবা সংসার অসিদি আত্মাগী মশক খংদদুনা অজ্ঞানদগী উরিবনি, আত্মাগী মশক খংলবদি অজ্ঞান মাংখিদুনা সংসারসি লৈরোই। মরম অসিনা অরা-সুংডাই খাংদুনা আত্মাবু খংনবা হোৎনরবদি মোক্ষ শোয়দনা ফংগনি হায়বসি ভগবানা অর্জুনবু শ্লোক অসিদা তাকই।

মসিদা বৈশেষিক নৈয়ায়িক নচিংবনদি "দ্রব্য, গুণ কর্ম্ম, সামান্য (জাতি), বিশেষ অমসুং সমবায় (নিত্য সম্বন্ধ) কৌবা ভাব পদার্থ তরুকথক লৈ, মখোয়দুগী মধুংদা দ্রব্য, গুণ অমসুং কর্ম্মদা সত্তা কৌবা জাতি লৈ, মদুদগী মখোয় অহমসি লৈ হায়না উরিবনি অমসুং খংলিবনি, অদুগা সত্তাগা লোয়নবা মফম অমতদা সমবায় সম্বন্ধনা (অনেকার্থসমবায় সম্বন্ধনা) মরম ওইদুনা লৈবা মরমদগী সামান্য, বিশেষ অমসুং, সমবায় অহুমসিস্মু লৈ হায়না খংলিবনি, মখোয় অহুম অসিদি সত্তা লৈতে। মরম অসিনা সং কা লোয়মনা অমত্ত ওইবগুম তৌদুনা মংোন্দা চংজবদগী সংসার লৈ হায়বা নত্তে, সত্তা জাতি লৈবদগী সংসার লৈ হায়বনি, সংসার অসিস্মু অওইবা পোৎনি ওইদবা পোৎ নত্তে—অস্মুম্না হায়। অদুবু বিচার তৌদুনা য়েংবদা, মখোয়না হায়রিবা বাসি লৌবা য়াদে। দ্রব্য, গুণ অমসুং কর্ম্ম অসিদা সত্তা লৈরবস্মু গুণ অমসুং কর্ম্ম অসিদি দ্রব্যগী মখা পোন্দুনা মংোন্দা চংজদুনা লৈ, দ্রব্যবু থাদোক্লুনা মখোয় অনীসি লৈতে হায়বসিস্মু মখোয়গী (নৈয়ায়িক-নচিংবগী) সিদ্ধান্তনি। অদুবু মনীং তম্না সত্তা থম্বা পোৎ অমা, সত্তা থম্বা অতোপ্পা পোৎ অমগী মখা পোন্দুনা মংোন্দা চংজদুনা লৈ, মাবু থাদোকপা ঙমদে হায়বসি সংসারদা করিগুম্বা মফম অমদা উদে। মনীং তম্না সত্তা থম্বা পোৎ, মনীং তম্না সত্তা থম্বা অতোপ্পা পোৎ অমদগী তোংডান্না শোয়দনা লৈ। মনীং তম্না সত্তা থম্বা যণ, মনীং তম্না সত্তা থম্বা শগোলগী মখা পোন্দুনা মংোন্দা চংজদুনা লৈ, তোংডান্না লৈত্তে হায়বসি কদাইদস্মু ওইথোক্তবনি। মরম অ সনা গুণ অমসুং, কর্ম্ম অসি দ্রব্যদগী মনীং তম্না তোংডান্না লৈবা ঙমরবদি মখোয় অনীমা মনীং তম্না সত্তা লৈ হায়বা য়াদে,

অদুগা দ্রব্যদগী অতোপ্পনি হায়বস্সু যাদে। মতৌ অসুম্না সামান্য, বিশেষ অমসুং সমবায় অহুমসিসু দ্রব্যদগী অতোপ্পনি হায়না সিদ্ধ ওইবা যাদে। মসিদগী দ্রব্যমক্তদা সত্তা জাতি লৈ, অতোপ্পদা লৈতে হায়বসিসু যাদ্রে মরমদি দ্রব্যমক্তদা সত্তা জাতি লৈরবদি মহাক দ্রব্যগী ব্যাবর্ত্তক (অতোপ্প-দগী তোঙান্না খঙনবা) ধর্ম্ম ওইরগনি মদুগীদমক দ্রব্যত্ব ধর্ম্ম য়াবগী কান্নবা লৈরোই। মরম অসিনা সত্তা জাতিনা মরম ওইদুনা দ্রব্য লৈ হায়বা নত্তে সং কা অমত্ত ওইথগুম তৌবদগী সং-কী লৈবদু (সত্তাদু) আরোপ তৌরগা দ্রব্যনচিংবা সংসার পুম্নমকসি লৈ হায়বনি, অশেংব মক্তি সংসার লৈতে, ওইদবা পোৎনি। অদুগা সাংখ্যসিদ্ধান্তবু লৌদুনা প্রকৃতিবু মমীং তৎবনি, নিত্যানি অমসুং পুরুষবু ভোগ অমসুং মোক্ষ পীনবগীদমক থবক তৌরিবনি হায়বসু য়ারোই। অচেতন ওইবা প্রকৃতিনা মানা পাম্বা মতু, ইন্না কমাগুম্বা পুরুষ (জীব) অমবুদি অরা-মুংভাইগী মশক ওইবা ভোগ পী অদুগা অতোপ্পা পুরুষ অমবুদি মোক্ষ পী হায়বসি ওইথোক্রবনি। অদুগা মহাক সত্ব রজ অমসুং তম গুণ অহুম্না তিনবা অবয়বী অমসুং পরিণামী ওইবা মরম্না কদোঙৈদসু নিত্য ওইবা যারোই পরিণামী অনিত্যনি অমসুং অবয়বী (কাবাং লৈবা পোৎ) অনিত্যনি হায়বসি লেঙদবা নিযম্নি। মরম অসিদগী "মায়াস্তু প্রকৃতিং বিদ্যাৎ" (শ্বে উ ৪/১০) —শ্রুতি অসিগী মতু, ইন্না সং ওইবা ঈশ্বরগী মথা পোন্দুনা মঙোন্দা চঙজহনা লৈবা মায়াবু প্রকৃতিনি হায়বসি শোয়দনা যাফম থোকই।

অসিগুম্বা ওইদবা (অসং ওইবা) পোৎ, অমসুং অওইবা (সং ওইবা) পোৎ খঙনবা নিয়মদি অসিনি— করিগুম্বা মতম অমদা লৈরগা অতোপ্পা মতম অমদা লৈতবা পোৎ, মফম অমদা লৈরগা অতোপ্পা মফম অমদা লৈতবা পোৎ অমসুং পোৎ অমদগী খেন্নবা লৈবা পোৎ, অহুমসি অসং ওইবা পোৎ ওঅক্তনি অদুগা অহুমসি নত্তবা পোৎ সং নী হায়না খঙগদবনি। মসিদা নৈয়ায়িক-নচিংবনা পরমাণুশিংবু মতম পুম্নমক্তা লৈবা পোৎনি হায়না য়াবা মরমদগী, মথোয়বুসু অসং ওইবা পোৎশিংগী মনুং চঙহন্নবগীদমক মফম অমদা লৈরগা অতোপ্পা মফম অমদা লৈতবা হায়বনি। মসিদগী পরমাণুশিং অনিত্যনি, মরমদি চফুনচিংবগী মতৌগুম্না মথোয়সু মফম অমদা লৈরগা অতোপ্পা মফম অমদা লৈতে হায়না অনুমান তৌবা য়াই। মতৌ অদুম্না আকাশনাচংবা পোৎশিংবুসু অসং সিদ্ধ তৌনবগী-দমক পোৎ অমদগী খেন্নবা লৈবা পোৎ হায়রিবনি মরমদি — আকাশ কাল (মতম) নচিংবা পোৎশিং অসি মফম পুম্নমক্তা লৈরবসু পৃথিবীনচিংবা পোৎশিংদগী খেন্নবা লৈ, মরম অসিনা মথোয়সু অনিত্য ওইদুনা অসং শোয়দনা ওইগনি। অদুগা সং ওইবা আত্মাসিদি মতম পুম্নমক্তা অমসুং মফম পুম্নমক্তা লৈ, করিগুম্বা পোৎ অমদগীসু খেন্নদে মরমদি মহাক সংসার অসিগী পোৎ পুম্নমক্তা মাগী "লৈ" হায়বা ধর্ম্ম (সত্তা) পীদুনা লৈ, অসং ওইবা পোৎ পুম্নমক মঙোন্দা চঙজক্লনা লৈবা ওঅক্তনি মঙোন্দগী অতোপ্পা পোৎ অমত্ত নত্তে। মরম অসিনা সৃপ্না আত্মা সং (অওইবা) পোৎনি। মসিদগী শ্রুতিনসু অসুম্না তাক্লি— "ইদং সর্ব্বং যদয়মাত্মা" (বৃঃ উ° ২/৪/৬)

—"লেঙলি পাল্লিবা সংসার পূম্নমকসি আত্মা অসিমক্কি।" মরম অসিদগী আত্মাবু খঙলবদি সংসারগী অরা-নুংঙাইনচিংবা পূম্নমক অমত্ত লৈরোই হায়বা শ্রীভগবান্না তাক্লিবনি। ১৬।

সং ওইবা আত্মাসি জ্ঞানদগী অতোপ্পরা নত্রগা মশামক জ্ঞানগী মশকলা? সং আত্মা জ্ঞানদগী অতোপ্পা ওইরবদি (খেন্নরবদি) মহাকস্তু অচেতন ওইহ্নুনা সংসারগী মতৌগুম্না মাঙগনি অহুগা মহাক জ্ঞানগী মশক্কি হায়রবদি জ্ঞানদি—"চক্ষুগী জ্ঞান, ফিগী জ্ঞান অসিনচিংবা পোকপা-শিবা নাইবা মরমদগী আত্মাস্তু শোয়দনা অনিত্য ওইগনি মসিদ নত্তনা "ঐ চক্ষু খঙই" অসিনচিংবা হায়বা মতমদা জ্ঞানসি ঐঙোন্দা (আত্মাদা) লৈ হায়না উই আত্মাগী মশক ওইনা উদে অহুগা জ্ঞানগী বিষয় চক্ষুস্তু তোপ্পা লৈ। মরম অসিদগী সং আত্মাসি জ্ঞানগী মশক ওইহ্নুনা মফম পূম্নমক্তা অমস্তুং মতম পূম্নমক্তা লৈবা অহুগা পোং অমদগী খেন্নদবা করম্না ওইবা য়াগনি—হায়না অর্জুনম্না অমুক হন্না চিংনরবদা জ্ঞানগী মশক ওইবা সং আত্মা অনিত্য নত্তে তাক্নুনা ভগবান্না অস্তুম্না হায়রি—

অবিনাশি তু তদ্বিদ্ধি যেন সর্ব্বমিদং ততম্।
বিনাশমব্যয়স্যাস্য ন কশ্চিৎ কর্ত্তুমর্হতি ॥ ১৭ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা**°— যেন = জ্ঞানগী মশক ওইবা (চেতন ওইবা) সং আত্মাসিনা, ইদং সর্ব্বং = অচং-চত্ত সংসার পূম্নমকসিবু ততম = সত্তা অমস্তুং স্ফূর্ত্তি (মঙাল) পীদুনা যোঙদোকহল্লগা মখোয়দা মহাক শীনবা থুংনা লৈরিবনি, ত তু = অস্তুম্না লৈরিবা আত্মতত্ত্ববুদি, অবিনাশি বিদ্ধি = অমাঙ অতা লৈতবনি হায়না নহাক খঙউ। কশ্চিৎ = কনা অমতনস্তু অস্য অব্যয়স্য = অ তক অকায় লৈতনা লেঙদনা লৈবা আত্মতত্ত্বসিগী বিনাশং ন কর্ত্তুং অর্হতি = মাঙনবা তৌবা ঙমদে ।১৭।

**অপুনবা অর্থ** —জ্ঞানগী মশক ওইবা সং আত্মা অসিনা অচং চত্ত সংসার পূম্নমকসিবু সত্তা অমস্তুং মঙাল পীদুনা যোঙদোকহল্লগা মহাক মখোয়দা শীনবা থুংনা লৈরিবনি। অসিগুম্বা আত্মতত্ত্বসিবু মাংবা লৈতবনি হায়না নহাক খঙউ। অতেক অকায় লৈতনা লেঙদনা লৈবা আত্মতত্ত্বসিবু কনা অমতনস্তু মাঙনবা তৌবা ঙমদে ॥ ১৭ ॥

**অথূপ্পা বা**

**জ্ঞান, চেতন** অমস্তুং চিৎ অহম অসিগী অর্থ অমত্তনি, করিমত্ত খেন্নদে। সং আত্মা অসি চেতননি, অচেতন ওইবা পোং পূম্নমকপু মানা মঙাল পীদুনা অমস্তুং মাগী "লৈবা" হায়বা সত্তা পীদুনা ঙালহন্দুনা লৈহল্লগা পূম্নমক্কী অধিষ্ঠান (চঙফম) ওইহ্নুনা শীনবা থুংনা লৈরিবনি। অসিগুম্বা সং চেতন অসিবু আত্মা কৌবগী মরম মরিখক অস্তুম্না তাকলি—

যচ্চাপ্নোতি যদাদত্তে যচ্চাত্তি বিষযানিহ।
যচ্চাস্য সন্ততো ভাবস্তস্মাদাত্মেতি কীর্ত্ত্যতে॥
(লিঙ্গপুরাণ ১।৭।৯৬)

১। (যৎ=যস্মাৎ আপ্নোতি=ব্যাপ্নোতি তস্মাৎ আত্মা ইতি কীর্ত্ত্যতে)— মরমদি সৎ চেতন অসি পোৎ পুম্নমক্তা শীনবা থুংনা লৈ, মহৃদগী মহাকপু আত্মা কৌই।

২। (যৎ=যস্মাৎ আদত্তে=সর্ব্বং উপসংহরতি, তস্মাৎ আত্মা ইতি কীর্ত্ত্যতে)— মরমদি সৎ চেতন অসিনা পুম্নমকপু মঙোন্দা লৌশিল্লী, মহৃদগী মাবু আত্মা কৌই। মহাপ্রলয়গী মতমদা লেঙলি পাম্লিবা তাইবংপানবা পুম্নমক অসিবু লৌশিন্দুনা মশাদা অমত্ত ওইনা থম্না মরমদগী সৎ চেতন অসিবু আত্মা কৌরিবনি। মসিদগী মাযানা মরম ওইহনা আত্মাসি জগৎ পুম্নমক্কী উপাদান কারণ (শা নবা পোৎ=মচাক) ওই হায়বসিস্থ খঙবা ঙম্মী, মরমদি শারিবা পোৎ পুম্নমক মাঙবা মতমদা শা নবা পোত্ত (মচাক অহৃদা) অমত্ত ওইনা লৈ। মসিদা আত্মাবু জগৎকী উপাদানকারণনি হাযরিবসিবু বিবর্ত্তী উপাদাননি অমসুং মায়াবু পরিণামী উপাদাননি খঙগদবনি। মায়া অমসু মাযাগী কায্য জগৎ সৎ চেতনদা চঙজদুনা লৈ।

৩। (যৎ=যস্মাৎ ইহলোকে বিষযান্=ভোগ্য পদার্থান্ অত্তি=খাদতি তস্মাৎ আত্মা ইতি কীর্ত্ত্যতে)=মরমদি সৎ চেতন অসিনা সংসার অসিদা ভোগ্য ওইবা পোৎশি বু চায়, মহৃদগী মহাকপু আত্মা কৌই। মসিদগী কর্ত্তা অমসুং ভোক্তা ওইহনা লৈরিবা জীবসিস্থ সৎ চেতন অহমক্তি হায়বসি খঙবা ঙম্মী। অশেংবা মশক অমসু মওঙদা সৎ চেতন অসি কর্ত্তা অমসুং ভোক্তা ওইদ্রবস্থ অন্ত করণ ওইবা উপাধিদা মাগী আভাস ওইনা লৈরিবা চেতন অহ কর্ত্তা অমসুং ভোক্তা ওইনা লৈ, মহৃদগী মহাক অরা-নুংঙাইনচিংবরুস্থ ফংই। অহৃগা "চক্ষুগী জ্ঞান, ফিগী জ্ঞান" অসিনচিংবা জ্ঞান ওইবা মতমদা অন্ত করণ— চক্ষু ফিনচিংবগী মওঙ লৌদুনা লৈ, অসিগুম্বা অন্ত করণগী মওঙশিংবু বৃত্তি কৌই মওঙশিং অহৃদা তারিবা চেতন আভাসশিংহবু বৃত্তিজ্ঞান কৌই। মরম অসিনা চক্ষুগী জ্ঞান ফিগী জ্ঞানচি বা পুম্নমকসি বৃত্তিজ্ঞান্নি অহৃগা চক্ষুগী মওঙ ওইবা, ফিগী মওঙ ওইবনচিংবা অন্ত করণগী বৃত্তিশিং পোকপা শিবা নাইবা মরমদগী মহৃদা তারিবা চেতন আভাস শিংহস্থ পোকপা শিবা নাইনা উরিবনি মহৃদগী চক্ষুগী জ্ঞান, ফিগী জ্ঞান অনিত্যনি হায়নবনি অহৃগা মসিগুম্বা অনিত্য জ্ঞানগী চঙজফম ওইহনা অহংকার ("এ" হায়না খঙলিবা অন্ত করণ) অসি লৈ। মতৌ অম্মুম্না অহংকার "এ চক্ষুবু খঙই" অসিনচিংবদা কর্ত্তা ওইবদগী মঙোন্দা চক্ষুগী জ্ঞান্নচিংবা লৈরিবনি অহৃগা চক্ষুনচিংবা জ্ঞানশিংহগী বিষয় ওইহনা মখোয়দগী তোপ্পা লৈরবস্থ সৎ চেতনগীদি তোপ্পা লৈতে সৎ চেতন অহৃদি চেতন আভাসকীস্থ চঙজকম ওইহনা অশেংবা মওংদা লৈরিবনি মহ অরা-নুংঙাই ফংহনা লৈরিবা জীবগী অশেংবা অমসুং মাঙবা লৈতবা মশক্তি। মহবু খঙননবা অর্জ্জুনবু ভগবান্না তাক্লিবনি।

৪। (যৎ=যস্মাৎ **অস্য সতঃ চেতনস্য সন্তত. ভাবঃ=নিবন্তবৎ সত্ত্বং, তস্মাৎ আত্মা ইতি কীর্ত্তাতে**)— মরমদি স, চেতন অসিগী মতম পুম্নমক্তা, মফম পুম্নমক্তা অমস্নু পোৎ পুম্নমক্তা খেন্নবা লৈতনা সত্তা লৈ, মতুদগী মসিবু আত্মা কৌরিবনি। মরম অসিদগী শ্রুতিনস্য অন্ত করণগা লোয়ননা অমত্ত ওইবগুম তৌরগা সংসারগী অৱা মুংঙাই ফংহনা লৈরিবা জীবশিংগী অশেংবা মশক **"আত্মতত্ত্ব"** অসিবু অস্নুম্না তাকলি—**"ইদং মহদ্ভূতমনন্তমপারং বিজ্ঞানঘন এব"** (বৃ উ ২/৪/ ২)—"আত্মতত্ত্ব অসি য়াম্না চাউবা পোংনি, ঙমখৈ লৈতবনি, লাম্থোকপা ঙমদবনি অমস্নু জ্ঞানগী মপৈনি।" মসিদ য়াম্না চাউবা হায়বসিনা মঙোন্দা (আত্মতত্ত্বদা) চঙজদুনা লৈবা অচং চত্ত সংসার পুম্নমক্তা লোয়ননা শম্নবগুম তৌহনা মহাক য়াম্না চাউই—তাকপনি ঙমখৈ লৈতবা হায়বসিনা— মতমগী অমস্নু মফমগী ঙমখৈ লৈতে (মতম পুম্নমক্তা অমস্নু মফম পুম্নমক্তা লৈ) অহুগা পোত্তুগী ঙমখৈস্য লৈতে (করিগুম্বা পোৎ অমদগীস্য খেন্নদে) তাকপনি লাম্থোকপা ঙমদবা হায়বসিনা—মাগী মপান্দা অতোপ্পা পোং অমত্ত লৈতে— তাকপনি অসিগুম্বা আত্মতত্ত্ব অসি জ্ঞানগী মপৈনি, হায়বদি—জ্ঞানগী মশক ওইবা চেতন্নি তাকপনি। মসিবু তৈত্তরীয় শ্রুতিদস্য— **"সত্যং জ্ঞানমনন্তং ব্রহ্ম"** (২/১)="সৎ জ্ঞানরূপ অমস্নু অনন্ত ব্রহ্মনি" হায়না তাকলি।

অহুগা অসিগুম্বা আত্মতত্ত্ববু খঙবা মী শিংনা মোক্ষ ফংই অমস্নু খঙদবা মী শিংনা সংসারদা অৱাবা যংদুনা লৈ হায়বসিস্য অস্নুম্না তাক্লি— **"যে তদ্বিদুরমৃতাস্তে ভবন্ত্যথেতবে দুঃখ মেবাপিযন্তি"** (বৃ উ ৪।৪।১৪)। মতৌ অস্নুম্না সৎ অমস্নু চেতন আত্মতত্ত্ব মাঙবা লৈতে হায়বসি সিদ্ধ ওই ॥ ১৭ ॥

হৌজিক **"নাসতো বিদ্যতে ভাব."** হায়না তাকখিবা ৱা অহুবু নীংথিনা খঙহনগে হায়বগীদমক ভগবান্না অপোৎবা হকচাংনচিংবা পুম্নমক মাঙগদবা ঙাক্রনি, মখোয়গীদমক ৱাফম থোক্কে। মরম অসিনা নহাক্না অহানবদা লান তৌগে নীংদুনা চঙশিল্লুবহু থাদোক্কনু হায়দুনা অর্জ্জুনবু অস্নুম্না তাকপীরি—

**অন্তবন্ত ইমে দেহা নিত্যস্যোক্তাঃ শরীরিণঃ।**
**অনাশিনোঽপ্রমেযস্য তস্মাদ্যুধ্যস্ব ভারত ॥ ১৮ ॥**

**অন্বয ব্যাখ্যা :**— নিত্যস্য=তেক্র কায়দনা (মও ওন্দনা) লেঙদনা লৈবা, অনাশিন = অমাঙ অতা লৈতবা, অপ্রমেয়স্য=প্রত্যক্ষ-প্রমাণনচিংবদগী পোকপা জ্ঞানগী বিষয় ওইদবা, শরীরিণ — হকচাংগা শম্নবগুম তৌহনা লৈবা আত্মা অসিগী, ইমে দেহা —অপোৎবা হকচাংনচিংবা পুম্নমকসি অন্তবন্ত উক্তা —মাঙগদবা ঙাক্রনি হায়না তত্ত্ববু খঙবা মী শিংনা হায়। তস্মাৎ—মরম অসিদগী, ভারত—ভরতকী শাগৈদা পোকপা হে অর্জ্জুন! যুধ্যস্ব—লান তৌ ॥ ৮ ॥

**অপুনবা অর্থ :**— মশক ওন্দনা লেঙদনা লৈবা, অমাঙ অতা লৈতবা অমস্নু প্রত্যক্ষনচিংবা প্রমাণশিংদগী পোকপা জ্ঞানগী বিষয় ওইদবা আত্মা অসিগী অপোৎবা, অকুপ্পা হকচাংনচিংবা

পূম্নমকসি মাঙগদবা ঙাক্তনি হায়না তত্ত্ববু খঙবা মী শিংনা তাকই। মরম অসিদগী হে অর্জুন! নহাক লান তৌ ॥ ১৮॥

অথূপ্পা ৰা

শ্লোক অসিদা ভগবান্না **শরীরিণঃ ইমে দেহা** হায়না তাকপা দা "হকচাং লৈবা আত্মাদা" একবচন অমসুং "হকচাংদা" বহুবচন পীদুনা হায়বা মরমদগী হকচাং ময়ামদা আত্মা অমত্তনি, ময়াম নত্তে, আত্মা ময়াম ওইনা উৎরিবসিদি ময়াম ওইবা অন্ত করণ উপাধিশিংনা মরম ওইহনা তৌবনি হায়বসি খঙহল্লী। মরম অসিনা শ্রুতিনসু অসুম্না তাকলি— **"একঃ সন্ বহুধা বিচারঃ"** (তৈ আ ৩/১১) = "আত্মা অমত্ত ওইরবসু, ময়াম ওইনা হকচাংশিংদা চঙই।" **"একো দেবো বহুধা সন্নিবিষ্ট"** (তৈ আ ৩/ ৪) = দেব অমা (মশা মতোমদা ঙান্দুনা লৈবা আত্মা অমা) ময়ামদা চঙদুনা লৈ। **"একং সদ্ বিপ্রা বহুধা বদন্তি"** (ঋগ্ ১। ১৬৪। ৪৬) — 'পরমার্থ তত্ত্ববু নীংথিনা খঙবা ব্রাহ্মণশিংনা আত্মতত্ত্ব অমত্তংবু ময়াম ওইহনা লৈ হায়।" বিষ্ণুপুরাণদসু অসুম্না হায়রি—

যদা সমস্ত দেহেষু পুমানেকো ব্যবস্থিতঃ।
তদা হি কো ভবান্ সোঽহমিত্যেতদ্বিফলং বচঃ ॥

(২। ১৩। ৯১)

"হকচাং পূম্নমক্তা আত্মা অমত্ত শীন্ন লৈ মরম অসিনা আত্মাবু লৌদুনা 'নহাক কনানো অহগা 'ঐদি মহুনি অসিনচিংবা ৱাৈ শিংসিদি অরেম্বনি।

বিভেদজনকেঽজ্ঞানে নাশমাত্যন্তিকং গতে।
আত্মনো ব্রহ্মণো ভেদমসন্তং কঃ করিষ্যতি॥

(বি পু ৬/৭ ৯৬)

"ব্যবহারগী মতমদা খেন্নবা পোকহল্লিবা অজ্ঞান পুম্নাঙ মাঙখ্রবদা আত্মা অমসুং, ব্রহ্মগী সূকলৈ লৈতবা খেন্নবহুবু কনানা তৌগনি?"

মরম অসিনা আত্মাবু শরীরী (হকচাং লৈবা) হায়বসিসু অজ্ঞানগী অবস্থাদা অন্ত করণ উপাধিনা মরম ওইহনা হকচাংগা লোয়ননা শম্নবহম তৌবদগীনি, অশেংবমক্তি আত্মা কদৌঙৈদসু হকচাংগা শম্নদে। শ্রুতিনসু অসুম্না তাকলি— **"অশরীরং শরীরেষ্বনবস্থেষ্ববস্থিতম্। মহান্তং বিভুমাত্মানং মত্বা ধীরো ন শোচতি॥"** (কঠ ১। ২। ২১) — "হকচাংশিংদা লৈরবসু হকচা লৈতবা, অরেপ্পা লৈতবা পোৎশিংদা লৈরবসু অরেপ্পা, অসিগুম্বা অচৌবা অমসুং, শীনবা থুংলা লৈবা আত্মাবু লৌরগা খঙলগা তপথনা লৈবা জ্ঞানীদি সংসারগী করিগুম্বা পোৎ অমা লৌরগা শুকহৈদুনা ৱাদে।"— মরম অসিনা উপাধিনা মরম ওইহনা আত্মা ময়াম ওইনা উবনি, তশেংবদি

আত্মা অমত্তনি হায়বসিদা করিমত্ত চিংনরোইদবনি। মসিগী খুদম ওইনা— আকাশ অমত্ত ৎইরবস্থু য়ুম কৈনচিংবা উপাধিশিংনা মরম ওইদুনা মখোয়গী মনুংদা লাকইবা আকাশ অহ্ তোপ্পা তোপ্পা মরাম ওইনা উই মতৌ অস্থুম্না আত্মাগী মরমদস্থু খঙগদবনি।

মসিদ নত্তনা ভগবান্না শরীরী আত্মা অসিগী অর্থ অমত্ত ওইবা "নিত্য" অমস্থুং "অনাশী" বিশেষণ অনীস্থু পীরি। মসিগী মরমস্থু অসিনি, বৈশেষিক— নৈয়ায়িকনচিংবনা— "বুদ্ধি-সুখ-দুঃখেচ্ছাদ্বেষ-প্রযত্ন-ধর্মাধর্ম্ম ভাবনাঃ" "জ্ঞান, নুংঙাইবা অৱাবা, ইচ্ছা, য়েক্কবা, হোংনবা, পুণ্য, পাপ অমস্থুং সংস্কার" কৌবা বিশেষ গুণ মাপল আত্মাগী লৈ হায়না যাই, অদুগা আত্মা অমস্থুং মনগী শমৱদগী আত্মাদা জ্ঞান পোকই, আত্মা হৌনশা ওইনা অচেতন্নি (জড়নি) হায়বসিস্থু মখোয়গী সিদ্ধান্তনি। মসিদা জ্ঞান, অৱা নুংঙাইনচিংবা পুম্নমকসি থাঙ্গৎশেংনমক আত্মাগী গুণ ওইরবদি মখোয়গী পোকপা মাংবনচিংবা ক্রিয়ানা মরম ওইদুনা গুণী আত্মাদা বিকার ওইবা (মওঙ কায়বা) শোয়দবনি মওঙ কায়রবদি আত্মাগী মাংবস্থু শোয়দবনি। মরম অসিনা ভগবান্না আত্মাদা গুণ অমত্ত লৈতে জ্ঞানদি মহাক্কী মশকমক্তি হায়বসি তাক্লবগীদমক "নিত্য" বিশেষণনা তেক্ত-কায়দবা (মওঙ কায়দবা) অমস্থুং "অনাশী" বিশেষণনা মাংবা লৈতবা হায়বসি তাক্লিবনি। অদুগা আত্মা জ্ঞানরূপনি হায়বসিদা শ্রুতি প্রমাণদি ১৭ শুবা শ্লোক্কী অথূপ্পা ৱাদা পীগ্রে মসিগী মরমদা বিষ্ণু-পুরাণদস্থু অস্থুম্না তাকলি—

> জ্ঞানং বিশুদ্ধং বিমলং বিশোকমশেষলোভাদিনিবস্তসঙ্গম।
> একঃ সদেকঃ পরমঃ পরেশঃ স বাসুদেবো ন যতোঽস্তি কিঞ্চিৎ॥
>
> (বি পু ২/১২/৪৪)

"আত্মাগী মশক ওইবা জ্ঞান অহ্ অশেংবনি, অমোংপা লৈতবনি, অবাবা লৈতবনি, অপাম মিহৌনচিংবা পুম্নমক্কা শমৱদবনি, অমত্তনি, সুপ্পা সৎ নী, পুম্নমক্কী অথোইবা পরমেশ্বরনি, অদুগা মদুমক ভগবান বাসুদেব শ্রীকৃষ্ণনি, মদুদগী অতোপ্পা করিমত্ত লৈতে।"

শ্লোক অসিদস্থু ভগবান্না আত্মা অসিবু জ্ঞানগী মশক্তি তাক্লবগীদমক শরীরী আত্মাগী "অপ্রমেয়" বিশেষণস্থু পীরি। প্রমাণশিংদগী পোকপা জ্ঞানবু "প্রমা" কৌই অদুগা প্রমাজ্ঞানগী বিষয়বু "প্রমেয়" কৌই। মরম অসিনা অপ্রমেয়গী অর্থ— আত্মা অসি করিগুম্বা প্রমাজ্ঞান অমগী বিষয়স্থু নত্তে হায়বনি। মসিগী মরমদি— জ্ঞান মশা মতোমদা ঙাল্লুনা লৈ মাবু ঙালহন্নবা অতোপ্পা মঙাল ওইবা জ্ঞান অমা চঙদে। অচেতন ওইবা পোৎশিংবু ঙাহ্মোকহন্নবগীদমক জ্ঞাননি, জ্ঞান অমবু ঙাহ্মোক্লবগী অতোপ্পা জ্ঞান নত্তে। হৌনশা ওইনা মঙাল লৈবা মৈবু ঙাহ্মোক্লবগীদমক অতোপ্পা মৈ চঙদে, অদুমক ওইদুনস্থু মৈ জড-ওইবা মরমদগী মাবু ঙাম্নবগী (খঙনবগী) দমক জ্ঞাননি। অদুগা জ্ঞানবু ঙাম্নবগীদমক (জ্ঞান অমবু খঙনবগীদমক) অতোপ্পা জ্ঞান চঙদে হায়বসিদি মী পুম্নমক্না অনুভব

তৌহ্না খঙলিবনি। ঐখোয়না 'ঐ হায়না খঙলিবসিদি জড অন্ত করণগী মশক ওইবা অহংকারনি, অশেংবা আত্মা নত্তে। মরম অসিনা আত্মাস্ অচেতন ওইরবদি, (জ্ঞানরূপ নত্রবদি) শোয়দনা জ্ঞানগী ওইগনি অদুবু ভগবান্না আত্মাবু অপ্রমেয়নি (প্রাজ্ঞানগী বিষয় নত্তে) হায়বসিদগী আত্মা জ্ঞানরূপনি (চেতননি) হায়বসি সিদ্ধ ওই। অজ্ঞান্না কুপ্পূনা লৈবদগী আত্মা ফোঙদোক্তবনি অজ্ঞান চংথোকপ্রবদি আত্মা মশা মতোমদা ফোঙদোক্তুনা লৈগদবনি মহাক্কি উংনা কুপ্পূনা লৈবা মৈগী মতৌগুম্ লৈরিবনি। মরম অসিনা ভগবান্না— **"অজ্ঞানেনাবৃতং জ্ঞানং তেন মুহ্যন্তি জন্তবঃ"** হায়না তুংদা তাক্লনি। কুপশিল্লস্বা উং লৌথোক্লবদা মৈ ফোঙদোকপগুম্না আত্মাবু কুপ্পূনা থম্লিবা অজ্ঞান লৌথোক্লবদা আত্মাস্ মশা মতোমদা ফোঙদোক্তুনা ভান্দূনা লৈগদবনি। করিগুম্বা পোং অমগী অজ্ঞান পোং অদুগী জ্ঞানদগী মাঙই হায়বসি নিয়ম্নি। জ্ঞানগী মশক ওইবা আত্মাদু অহানবদা অজ্ঞান্না কুপ্পূনা লৈরম্বদগী আত্মজ্ঞান ওইবমক্তদা অজ্ঞান অদু মাঙখিদূনা মশা মতোমদা ফোঙদোক্তুনা লৈ, মাবু খঙনবা আত্মজ্ঞান নত্তে আত্মজ্ঞানদি সুপ্পা অজ্ঞানবু মাঙহন্নবগীদমক্নি। মরম অসিনা আত্মজ্ঞান ফংদুনা অজ্ঞান মাঙপ্রবা মতুংদা আত্মাসি জ্ঞানগী বিষয় নত্তবদগী কেনোপনিষৎতা অস্নুম্না হায়রি—

> নাহং মন্যে সুবেদেতি নো ন বেদেতি বেদ চ॥
> যো নস্তদ্বেদ তদ্বেব নো ন বেদেতি বেদ চ॥ (২।২)

"আত্মাবু নীংথিনা খঙলে হায়বসি ঐনা য়ানীংদে অদুবু ঐ খঙদে হায়বস্নু নত্তে (হায়বা) খঙলে। ঐখোয়গী মনুংদা কনাগুম্বনা আত্মাবু খঙলে হায়রবদি, তশেংনমক মহাক্না আত্মাবু খঙদ্রি, অদুগা মহাক্না (আত্মজ্ঞানদগী অজ্ঞান মাঙপ্রবা তুংদা অনুভব তৌহ্না) খঙদে হায়রবদি মহাক্না শোযদনা আত্মাবু খংলে।"

> যস্যাঽমতং তস্য মতং মতং যস্য ন বেদ সঃ।
> **অবিজ্ঞাতং বিজানতাং বিজ্ঞাতমবিজানতাম্।** (২।৩)

"মীদুগী আত্মা অসি পুক্নীংন, নীংবগী বিষয় ওইদনা (নত্তনা) লৈরবদি মাগী পুক্নীংদা আত্মা অসি ফোঙদোক্তুনা লৈ, অদুগা মীদুগী আত্মাসি পুক্নীংগী বিষয় ওইনা লৈরবদি মহাক আত্মাবু খঙদে। আত্মাবু খঙই হায়বা মী শিংগীদি আত্মা খঙদনা লৈ, অদুগা (আত্মা করিনো হায়বসি অনুভব তৌরগা) খঙদে হাযদূনা লৈবা মী শিংগীদি আত্মা অসি খঙদূনা লৈ।"

অতোপ্পা শ্রুতিনস্ অস্নুম্না হায়রি— **"যতো বাচো নিবর্ত্তন্তে অপ্রাপ্য মনসা সহ"** (তৈ উ ২।৪।১)— "আত্মতত্ত্বসিবু য়ৌবা ঙমদ্রদুনা মনগা লোয়ননা বাগিন্দ্রিনচিংবা পূম্নমক মহদগী হল্লোক্লকই।" তৌ অস্নুম্না হায়রিবশিংসি য়াম্না শুপ্পা বা শিংনি। আত্মাবু শংশঙনা ভবা অমম্ভং খঙবা হায়জরিবসি আত্মা মশা মতোমদা ফোঙদোক্তুনা লৈনবুনি, ঐখোয়না আত্মাবু ভরে অমম্ভং খঙলে হায়বা নত্তে। মসিগী মরমদি আত্মা জ্ঞানরূপ ওইবা মরমদগী অতোপ্পা জ্ঞান অমগী বিষয়

ওইদে হায়বসি অহানবদা তাকখ্রে। মসিদি অনুভব তৌদুনা জ্ঞানীশিংদনা মশা মতোমদনা খঙবা ঙম্মী, অতোপ্পদা হায়দোক্কুনা "ঐ জ্ঞানীনি" হায়বা য়াবা পোং নত্তে।

অদুগা **"ইমে দেহা॰"** হায়দুনা বহুবচন শীরগা "হকচাং ময়াম" হায়বসিন্দু— অপোবা হকচাং পূম্নমক, অকুপ্পা হকচাং পূম্নমক অমস্তুং কারণ ( মন্ন ) ওইবা হকচাং পূম্নমকপু লৌদুনা তাকপনি। মরম অসিনা তাইবংপানবা পূম্নমক্তা লৈরিবা অচং চত্ত হকচাং পুম্নমক্তা অমত্ত ওইবা আত্মা শীনবা থুংনা লৈ, অসিগুম্বা মাঙবা লৈতবা আত্মাবু লৌদুনা য়াবসি চুমদে হায়না ভগবান্না অর্জুনবু তাক্লিবনি। ১৮।

**"অশোচ্যানন্বশোচস্তুম্"** অসিনচিংবদগী হৌদুনা তাকখিবশিংদগী ভীষ্মনচিংবসি হাৎপগী য়াফম থোক্লবন্দু মখোয়বু হাৎপগী পাপ অদুদি ঐনা ( অর্জুন্না ) শোয়দনা ফংগনি য়াফম থোক্লবা মী হাৎপদা পাপ লৈতে হায়বা নিয়ম লৈতে শাস্ত্রনন্দু **"মা হিংস্যাৎ সর্ব্বা ভূতানি"** হায়না জীব হাৎপবু থিংলি। মরম অসিনা হাৎলু হায়না থৌজিল্লিবা ( ঈনশিল্লিবা ) নহাক ( শ্রীকৃষ্ণ ) অমস্তুং মী হাৎপা ঐ ( অর্জুন ) ঐখোয় অনীদা শোয়দনা পাপ লাক্কনি। মরম অসিদগী **"তস্মাদ্যুধ্যস্ব ভারত"** অস্নুম্না নহাক্না তাকপসি চুমদে হায়না অর্জুন্না চিংনরবদা ভগবান্না কঠোপনিষংকী মন্ত্র অনী লৌদুনা মাগী চিংনবদু কোকহল্লি,—

য এনং বেত্তি হন্তারং যশ্চৈনং মন্যতে হতম্।
উভৌ তৌ ন বিজানীতো নায়ং হন্তি ন হন্যতে ॥ ১৯ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** :— য =মী অদুনা, এনং =মথক্তা হায়খ্রিবা হকচাংগা শম্নবগুম তৌদুনা লৈবা আত্মা অসিবু, হন্তারং বেত্তি =অহাংপনি ( হাৎপা তৌবনি— হাৎপগী থবক্কু পাঙথোকপনি ) হায়না খঙই, য চ=অদুগা মী অদুনা, এনং =অসিগুম্বা আত্মা অসিবু হতং মন্যতে=হাৎখ্রবনি ( হাত্তুনা শিগ্রবনি ) খল্লি, উভৌ তৌ =মতৌ অস্নুম্না খঙলিবা অমস্তুং খল্লিবা মখোয় অনী অদু, ন বিজানীত =আত্মা অসিবু নীংথিনা খঙদে অয়ং ন হন্তি =মরমদি আত্মা কনাবুস্থু হাত্তে, অয়ং ন হন্যতে =অদুগা কনানস্থু মসিবু ( আত্মাবু ) হাৎপা য়াদে ( ঙমদে )। ১৯।

**অপুনবা অর্থ** ॰— মী অদুনা হকচাংগা শম্নবগুম তৌদুনা লৈবা আত্মা অসি অহাৎপনি ( হাৎপা তৌবনি ) খঙই, অদুগা মী অদুনা অসিগুম্বা আত্মা অসিবু হাৎখ্রবনি খল্লি। মতৌ অস্নুম্না খঙলিবা অমস্তুং খল্লিবা মখোয় অনীদু আত্মা অসিবু নীংথিনা খঙদে, মরমদি আত্মা অসি কনাবুস্থু হাত্তে, কনানস্থু মহাকপু ( আত্মাবু ) হাৎপা ঙমদে। ১৯।

## অপুপ্পা বা

আত্মা অসি মফম পূম্নমক্তা শীনবা মরমনা অমস্তুং লেঙ ওৎপা তৌদনা লৈ হায়বসি অহানবদা নীংথিনা খঙদ্রে। ফাওবসিদা মহাক্না কনাবু হাৎকনি অদুগা মহাকপু কনানা হাৎকনি ? ব্যবহারদা হাৎপা হায়নব্রিবসি— চেতন আভাসকা লোয়নবা অকুপ্পা হকচাং লৈবা অপোবা হকচাংনা অতোপ্পা

অচৎগুম্বা হকচা,বু হাৎপনি, ম২দস্থ হাৎলিবা (হাত্তনা শিরিবা) অপোবা হকচা,তুগী মনু,দা লৈবা অকুপ্পা হকচা, অ২বুদি কনা অমত্তনস্থ হা পা ঙম'দ মহ২দি (অকুপ্পা হকচা,২দি) হাৎলিবা অপোবা হকচা,তুবু থাদোক্ক্‌না চথোকখি, অ২গা মানা তৌখিবা কর্ম্মশি,গী মতু,ইন্না অতোপ্পা অপোবা হকচা, অমা অমুক হন্না লোদুনা লৈ, মসি মোক্ষ ফ,দ্রিবা ফাওবা স,সারসিদা কোয়দুনা মথল মথা অয়াম্বা মপোক লোদুনা লৈগদবনি, অ২গা অহানবদগীস্থ লৈরক্লিবনি। মীহাৎপা মী অ২স্থ মানা তৌবা কর্ম্মগী (থবক্কী) মতু ইন্না মহয় শোয়দনা ফ,গদবনি। মতৌ অস্মুম্না অজ্ঞানগী অবস্থাদা মীওইনা পোক্কুনা লৈরিবা পুম্নমক্তা হাৎপনচি,বগী পাপ ওইরিবনি অ২গা ম২গী মহয়স্থ ফ,লিবনি। মরম অসিনা খৎন চৈনবনচিংবা তৌ২না অশাউবগী মথা পোন্দুনা নত্রগা য়েক্লবা থমহ২না অতোপ্পবু হাৎপসিদি মহাপাপকী মশক্লি, মহ২গী মহয়দি হি,লিঙৈগী মতমদস্থ অমস্থ, শিয়বা মতু,দস্থ শোয়দনা ফ,গদবনি। অ২বু করি করিগুম্বা মতমদদি হাৎপসিস্থ পুণ্যগী মশক ওই। মসি থবক থবক্কী মতু, ইন্না পাপ অমস্থ, পুণ্য ওইবনি। লান্দা হাৎপা অমস্থ, শাসনগী য়াথ, মতু, ইন্না দেশ-দ্রোহীনচি,ববু হাৎপা অসিনচি,বসিদি শাস্ত্রনা পাপনি হায়দে, পুণ্যনি তাকই, অ২গা ব্যবহারদস্থ দোষ লৈতে। মরম অসিদগী অন্যায় তৌবা মীশি,গা লোযননা লান তৌ হাযনা ভগবান্না অর্জ্জুনবু তাকলিবনি। মসি নত্তনা দোষ লৈতবা মীবু হাৎপা, নমথাক তৌদুনা হাৎপা অমস্থ, অতোপ্পবু অৱাবা পীবা অসিনচি,বসিদি পাপ যাম্না লৈ হায়না শাস্ত্রনা তাকলিবনি।

শ্লোক অসিগী অহানবা ত,খায় "য এনং বেত্তি' অসিনচি,বগী মহুত্তা "হন্তা চেম্মন্যতে হন্তুং হতশ্চেম্মন্যতে হতম্।" (কঠ উ ১। ২। ৯) অস্মুম্না শ্রুতিদা ইরি। মসিগী অর্থদি—হাৎপা মীনা (মীহাৎপনা) আত্মাসিবু হাৎকে খল্লবদি অ২গা হাৎকদোবা (হাত্তনা শিগদৌরিবা) মীনা ঐদি (আত্মাদি) হাৎক্রে খল্লবদি মখোয় অনীহ্ আত্মাবু খঙদে হায়বনি। ১৯।

আত্মা অসি হাৎপগী কর্ত্তা অমস্থ, কর্ম্ম (অহাৎপা অমস্থ, হাৎকদবা) করিগী ওইদ্রিবনো হায়বসি নী,থিনা অর্জ্জুনবু খঙহনগে হায়বগীদমক অমুক হন্না ভগবান্না অস্মুম্না তাকলি—

> **ন জায়তে ম্রিয়তে বা কদাচিদ**
> **নায়ং ভূত্বা ভবিতা বা ন ভূয়ঃ।**
> **অজো নিত্যঃ শাশ্বতোঽয়ং পুরাণো**
> **ন হন্যতে হন্যমানে শরীরে ॥ ২০ ॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—** কদাচিৎ=কদোঙৈদস্থ (করিগুম্বা মতমদস্থ), অয়,—আত্মা অসি, ন জায়তে ম্রিয়তে বা=পোক্কে অমস্থ, শিদে, (আত্মা পোক্কে অমস্থ, শিদে হায়বসিদা পোকপা অমস্থ, শিবা করিনো হায়বসি তাক্কনা অনীসি আত্মাদা লৈতে হায়বা তশে,না তাক্লি), অয়, ন ভূত্বা—আত্মা অসি অহানবদা লৈত্রগা, ভূয় ভবিতা=তু,দা লৈগনি, ন বা—হায়বস্থ নত্তে (অহানবদা লৈতবা পোৎকী তু,দা লৈববু ব্যবহারদা পোকপা কৌই, মসি আত্মাদা লৈতে), মরম অসিনা— অয়,,

অহানবা তংখায়গী পাঠ শ্রুতিদদি— "ন জাযতে ম্রিযতে বা বিপশ্চিন্নাযং কুতশ্চিন্ন বভুব কশ্চিৎ" অসুম্না ফংই। মসিগী অর্থদি— "ঙৌনশা ওইনা চেতন ওইবা আত্মাসি পোক্তে অমসুং শিদে মহাক করিগুম্বা কারণ অমদগীসু ওইদে (মশা মতোমদা মতম পুম্নমক্তা ওইগুনা লৈ), অদুগা মঙোন্দগীসু করিগুম্বা পোং অমত্ত ওইদে পোক্তে (উরিবা অমসুং খঙলিবা পোং পুম্নমকসি মায়াদগী ওইবা মরম্না মিথ্যানি আত্মা নত্তবা পোং অমত্ত লৈতে)" ॥ ২ ॥

১৯শুবা শ্লোক্তা ভগবান্না "নাহংহন্তি ন হন্যতে" "আত্মা অসিনা কনাবুসু হাত্তে অদুগা মহাক কনানসু হাংপা য়াদে" হায়রগা মহাক করি মরমদগী হাংপা য়াদ্রিবনো হায়বসি ২ শুবা শ্লোক্তা মরম তাক্লুনা "ন হন্যতে হন্যমানে শরীরে" (থাঙ তা নচিংবনা হকচাং অসিবু হাংলবসু মহাক হাংপা য়াদে) হায়বসি তাকখ্রে। হৌজিক "নায়ং হন্তি" = "মহাক কনাবুসু হাত্তে" হায়বসি তাক্লবগী ভগবান্না অর্জ্জুনবু অসুম্না হাযরি—

বেদাহবিনাশিনং নিত্যং য এনমজমব্যযম্।
কথং স পুরুষঃ পার্থ কংঘাতযতি হন্তি কম্ ॥ ২১ ॥

**অন্বয় ব্যাখা** — য =মী অদুনা এনং =আত্মা অসিবু অজং =পোক্তবনি (অহানবদা বিকার পোকপা লৈতবনি), নিত্যং=মতম পুম্নমক্তা লেঙদনা লৈবনি (অনীশুবা বিকার— পোক্লগা লৈবা, অহুমশুবা বিকার— নোয়খং চাউখংপা অমসুং মরিশুবা বিকার— মওঙ ওন্থোকপা লৈতবনি) অব্যয়ং —(মচেং তাদবা অমসুং গুণ লৈতবা মরমদগী) মচেং তাদুনা অমসু গুণ মাঙখিদুনা মযেং তাদবনি (মঙাশুবা বিকার— কংথবা লৈতবনি) অবিনাশিনং=অমসুং মাঙবা লৈতবনি (তরুকশুবা বিকার— মাঙবা শিবা লৈতবনি) হায়না, বেদ=শাস্ত্র গুরু অমসুং ঈশ্বরগী কৃপাদগী খঙই। পার্থ= পৃথা কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন। স পুরুষ —মদুগুম্বা মীনা, কথং কং ঘাতয়তি=করম তৌনা কনাবু হাংহনগনি হায়বদি কনাবুসু হাংহল্লোই, কং হন্তি=অদুগা কনাবু হাংকনি হায়বদি কনাবুসু হাংলোই ॥ ২১ ॥

**অপুনবা অর্থ** :— হে অর্জ্জুন! মী অদুনা আত্মা অসিবু পোক্তবনি, মতম পুম্নমক্তা লেঙদনা লৈবনি, মচেং তাদুনা অমসুং গুণ মাঙখিদুনা মযেং তাদবনি অদুগা মাঙবা লৈতবনি হায়না খঙলবদি মী মহাক অদুনা করম তৌনা কনাবু হাংহনগনি অমসুং কনাবু হাংকনি হায়বদি কনাবুসু হাংহল্লোই অমসুং হাংলোই ॥ ২১ ॥

## অথূপ্পা বা

অশেংবা মওংদা আত্মা অসি করিমত্ত তৌদে অমসুং অতোপ্পবুসু তৌহন্দে, মহাক্তি মতম পুম্নমক্তা লেঙ-খোংপা তৌদনা লৈরিবনি। মসিগী মরমদি— মঙোন্দা বিকার অমত্ত লৈতে, বিকার লৈবা পোং-তদা ক্রিয়া ওই হায়বসি নিয়মনি। অদুবু অজ্ঞাননা মরম ওইদুনা উপাধি ওইবা

অন্ত করণনা তৌরিবা থবক অমসুং চংলিবা লমচং পুম্নমক অহুবু আত্মানা তৌই হায়না ব্যবহারদা খঙনরিবনি। মসিগী খুদম— চক্ষুবু মকম অমদগী অতোপ্পা মকম অমদা পুথুনা চংপদা চক্ষু মসুংদা লৈরিবা আকাশ ( অহাঙবা ) অহুম্ চক্ষুগা লোয়ননা চংপগুম উই। অশেংবমক্তি আকাশ মকম পুম্নমক্তা লৈবা মরমদগী চক্ষুগী চংপদা আকাশ চত্তে, চক্ষু পীকই হায়দুনা আকাশ পীক্তে, উপাধি ওইবা চক্ষু পীকপদগী মাগা শম্নবগুম তৌহুনা লৈবা আকাশ অহু পীকপগুম তৌবদনি। মতৌ অহুম্না অন্ত করণনা চংপদা অমসুং তৌবদা মাগা শম্নবগুম তৌহুনা লৈরিবা আত্মা অসিসু চংপগুম অমসুং তৌবগুম উই। মরম অসিনা শ্রুতিনা হায়রি— "ধ্যায়তীব লেলায়তীব" ( বৃ উ ৪/৩/৭ )— "অন্ত করণগী ( মনগী ) ধ্যান তৌবদা অমসুং চংপদা আত্মা অসিসু ধ্যান তৌবগুম অমসুং চংপগুম তৌই।" মহুদগী ঐখোয়না আত্মা অসি হাংপনচিংবা থবক পুম্নমক তৌই হায়নরিবনি। মরম অসিনা আত্মাবু খঙবা মীশিংনা মখোয় করিমত্ত তৌদে অমসুং অতোপ্পবুসু তৌহন্দে খঙই। অহুবু অর্জুন্না মহাক্কী অশেংবা মশক আত্মাবু খঙদবদগী আত্মা অহাংপনি ( হাংপা তৌবনি হননকর্ত্তানি ) অমসুং ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মাবু লান্দা ভীষ্মনচিংবসি হাংলু হায়না থৌজিনবা মীনি খঙদুনা মখোয় অনীমক্তা পাপ ওইগনি হায়রিবনি। মসিদগী ভগবান্না আত্মাবু খঙবা মীদি কনাবুসু অতোপ্পবু হাংলু হায়না ইনশিন্দে অহুগা কনাবুসু হাত্তে তাক্লিবনি। মুপ্না অর্জুন্না অজ্ঞানদগী ভগবানবু ইনশিনবা মীনি অমসুং মশাবু কর্ত্তা ভোক্তানি খঙবনি। ২১।

আত্মা মাঙদ্রবসু হকচাং অসিদি শোয়দনা মাঙগনি মরম অসিনা লানসি তৌরবদি ঐনা ( অর্জুন্না ) মরম ওইহুনা পুণ্য য়াম্না লৈরবা ভীষ্ম দ্রোণনচিংবগী হকচাংশিংসি শোয়দনা মাঙবা তাই মসিদি অকবা থবক নত্তে অসুম্না অর্জুন্না হায়রবদা মহুগী পাউথুম ওইনা ভগবান্না ভীষ্ম-নচিংবগী হকচাং মাঙবসি মখোয়গীদমক অকবা ওইগনি হায়বসি দৃষ্টান্তগা লোয়ননা তাকলি—

বাসাংসি জীর্ণানি যথা বিহায়
নবানি গৃহ্ণাতি নরোঽপরাণি।
তথা শরীরাণি বিহায় জীর্ণা—
ন্যন্যানি সংযাতি নবানি দেহী ॥ ২২ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা**:— যথা = খুদম ওইনা, নর = মশাগী মওঙদা লেঙদনা লৈবা মীনা, জীর্ণানি বাসাংসি = শেগায়রবা অমনবা ফি-শিংবু, বিহায় = থাদোক্লগা অমসুং হুন্দোক্লগা, অপরাণি নবানি (বাসাংসি) = অতোপ্পা অনৌবা (অহনবা) ফি শিংবু, গৃহ্ণাতি = লৌই (শেংলী), তথা = মহুক্কুম্না, দেহী = হকচাং লৈবা আত্মা অসিসু মশাগী মওঙদা কায়দনা লৈরগা, জীর্ণানি শরীরাণি = শোত্লবা কত্রবা হকচাংশিংবু, বিহায় = থাদোক্লগা অন্যানি নবানি ( শরীরাণি ) = অতোপ্পা অনৌবা হকচাংশিংবু, সংযাতি = লৌদুনা লৈ। ২২।

মাগী উপাধি ওইবা অন্তঃকরণগী গুণশিং অথোইবা ওইনা লৈ, গুণশিংঅসু লৌদূনা জীবাত্মানা অরা-মুংঙাইনচিংবা ফংবগুম্বসু তৌজনা লৈবনি। মরম অসিদগী অন্তঃকরণগী পরিমাণ ( পাক চাউবা ) অসু জীবাত্মাদা লৌদূনা অন্তঃকরণগী চংপা মতুংইন্না পোকপা শিবনচিংবা হায়নবনি।" শ্রুতিনসু অসুম্না হায়রি— "যোহয়ং বিজ্ঞানময়ঃ প্রাণেষু হৃদ্যন্তর্জ্যোতিঃ পুরুষঃ স সমানঃ সন্নুভৌ লোকাবনুসঞ্চরতি" ( বৃ উ ৪/৩/৪ )—"ইন্দ্রিয়শিংগী মনুংদা বুদ্ধি ( অন্তঃকরণ ) গী মশক ওইবা অমসুং হৃদয়গী মনুংদা মনুংদা ঙান্দুনা লৈরিবা দেহী ( হকচাং লৈবা ) আত্মা অসি সমান ওইদুনা ( অন্তঃকরণগা লোয়ননা অমত্ত ওইদুনা ) ইহলোক অমসুং পরলোক অনীমক্তা মাগা ( অন্তঃকরণগা ) লোয়ননা চৎলি।"

মরম অসিদগী আত্মা অশেংবা মওংদদি অমত্ত ওইনা মফম পুম্নমক্তা শীন্নথুংনা লৈ, মঙোন্দা সংসারগী অরা নুংঙাই লৈতে অরা নুংঙাইনচিংবা পুম্নমকসিদি অন্তঃকরণগী ধর্ম্ম ঙাক্কনি। অদুবু মৈগা লোয়ননা তিন্নবদগী "ঈশিং শাই হায়বগুম্না, অন্তঃকরণগা লোয়ননা অমত্ত ওইবগুম তৌবদগী আত্মা পীকই, চাউই, অরা-মুংঙাই ফংই অসিনচিংবা খঙনবনি। মরম অসিনা শ্রুতিনা তাকলি— "স বা এষ মহানজ আত্মা যোহয়ং বিজ্ঞানময়ঃ প্রাণেষু" ( বৃ উ ৪/৪/২২ )— "ইন্দ্রিযাশিংগী মনুংদা বুদ্ধিগী ( অন্তঃকরণগী ) মশক ওইনা লৈরিবা আত্মা অসি মহান্নি ( শীন্ন-থুংনা লৈরিবনি ) অমসুং অজনি ( পোকপা লৈতবনি )।"

মতৌ অসুম্না আত্মা শীন্নথুংনা লৈরবসু পীকই, চাউই অসিনচিংবা হায়বসিদা সূত্রকার ব্যাসনা "প্রাজ্ঞবৎ" অসুম্না হায়দুনা ঈশ্বরগী দৃষ্টান্ত পীরি। পরমাত্মা পরমেশ্বর মফম পুম্নমক্তা শীন্নথুংনা লৈরবসু মাগী উপাসনানচিংবা তৌবা মতমদা উপাধিনা মরম ওইদুনা মাগী মওং শ্রুতিনা অসুম্না হায়রি— "সর্ব্বং খল্বিদং ব্রহ্ম তজ্জলানিতি শান্ত উপাসীত ( ছা উ ৩/১৪/১ )— "লেঙলি-পাল্লিবা উরিবা পুম্নমকসি লেপ্পমক ব্রহ্ম মক্কি মরমদি পুম্নমকসি মঙোন্দগী পোক্লকই মানা মরম ওইদুনা লৈ অদুগা প্রলযগী মতমদা মঙোন্দা পুম্নমক ( লোইনবা ) তিল্লি মরম অসিদগী ( ব্রহ্ম নত্তবা, অতোপ্পা অমা লৈতবদগী ) পুক্নীং ফাজিন্দুনা তপ্না মাগী উপাসনা তৌ। অদুগা মাগী উপাসনা করম্না তৌগদগে হায়বদু অসুম্না তাক্লি— "মনোময়ঃ প্রাণশরীরো ভারূপঃ সর্ব্বগন্ধঃ সর্ব্বরসঃ॥ এষ মে আত্মান্তর্হৃদয়েহণীযানব্রীহের্বা যবাদ্বা॥ ( ছা উ ৩/১৪/২৩ ) "পরমেশ্বর অসি মনগী মশক্কি, প্রাণ মাগী হকচাংনি মঙানগী মশক্কি মনম পুম্নমক নম্মী, রস পুম্নমক্কী মহাও লৌই। মহাক ঐগী হৃদয়গী মনুংদা লৈবা আত্মানি ফৌদগী হেন্না পীকই অমসুং যব তগী হেন্না পীকই।" মতৌ অসুম্না ঈশ্বরবু উপাসনাগীদমক উপাধিনা মরম ওইদুনা অপীকপা হায়বগুম্না আত্মাবুসু অন্তঃকরণ উপাধিনা মরম ওইদুনা পীকই, হকচাং থাদোক্তুনা চৎলি অসিনচিংবা হায়বনি। আত্মাগী উপাধি অন্তঃকরণ অসি মতম কদায় যাওবা লৈবগে হায়বসিসু অসুম্না তাকলি— "যাবদাত্মভাবিত্বাচ্চ ন দোষস্তদ্দর্শনাৎ" (বে দ ২/৩ ৩ )= "আত্মাসিগী মোক্ষ ওইদ্রিবা ফাওবা

সংসারী জীবগী মওংদা লৈরিবা মতম অহুক্কী মখৈ মাগী উপাধি অন্তকরণ অহুসু মাংদনা লৈ।" মসি শ্রুতিনসু তাক্লি— "তস্য তাবদেব চিরং যাবন্ন বিমোক্ষ্যেঽথ সম্পৎস্যে" (ছা উ ৬/১৪/২)— "জ্ঞানী জ্ঞান ফংলবা জীবাত্মা অহুগী প্রারব্ধ কর্ম্ম লোইহনা অন্তকরণ মাংডরিবা ফাওবা মহাক হকচাংগা শম্নবগুম তৌহুনা লৈ অন্তকরণ মাংবা মতুংমক্তদা মোক্ষ ফংহনা পরব্রহ্মগী মশক ওই।"

মরম অসিদগী ভগবান্না আত্মাগী অশেংবা মওও তাক্লনা মহাক বিকার তকক লৈতনা শীন্ন থুংনা লৈ হায়রবনি। অন্তকরণ লৈরিবা মতম অহুক্কী মখৈদি অমনবা শেগায়বা ফি হোংহনা লৈবগুম্না জীবাত্মা অসিসু অশোনবা ফত্রবা হকচাং থাদোক্লনা অনৌবা হকচা লৌদুনা শোয়দনা লৈগনি। মসিদগী ভগবান্না অর্জ্জুনবু হায়রি— "হে অর্জ্জুন! ভীষ্ম দ্রোণনচিংবগী হকচাংশিংসি য়াম্না অহল ওইবা মরম্না শোল্লে অমসুং ফত্রে, লাল অসিদা মখোয়না শিরবদি লান্দা মায় ওন্দনা শিবা অমসুং য়াম্না পুণ্য তৌবা মরম্না স্বর্গনচিংবদা অনৌবা লাইগী হকচাংশিং ফংহনা নুংঙাইনা লৈগনি অহুগা জ্ঞানী ওইরবদি হকচাং থাদোকপমক্তা মোক্ষ ফংগনি। মখোয়বু য়াম্না থুনা মসি ফংহনবসি ফত্তবা থবক নত্তে, য়াম্না ফবা অমসুং পুণ্য ওইবা থবক্নি, অহবু নহাক্না পওদুনা লান অসিবু ফত্তবা থবক্নি খল্লিবনি মহু চুমদে" ॥২২॥

হকচাং মাংলবদা আত্মা করি মরমদগী মাংডরিবনো? মৈনা যুম চাক্লবদা মহুগী মনুংদা লেংদনা লৈবা মীসু চাক্লনা উং ওইবগুম্না আত্মাসু হকচাং মনুংদা লেংদনা লৈবা মরম্না হকচাং মাংলবদা মাংখিবা চুম্মী হায়না অর্জ্জুন্না চিংনরবদা মাবু মাংহনবা ঙম্বা পোং অমত্ত লৈত্তবদগী আত্মা মাংদে তাক্লা ভগবান্না অর্জ্জুনগী মফমদা অসুম্না পাউখুম পীরি—

নৈনং ছিন্দন্তি শস্ত্রাণি নৈনং দহতি পাবকঃ।
নৈনং ক্লেদয়ন্ত্যাপো ন শোষয়তি মারুতঃ ॥ ২৩॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — শস্ত্রাণি = থৌরবা থাং তা নচিংবা খুৎলাইশিংনসু এনং = মচেং মকায় তাবা পোং নত্তবদগী আত্মাবু, ন ছিন্দন্তি = ককথংপা ঙমদে, পাবক = মৈনা, এনং ন দহতি = আত্মা অসিবু চাকথেকপা ঙমদে আপ = ঈশিংনা এনং ন ক্লেদয়ন্তি = মসিবু চোংহনবা ঙমদে, মারুত চ = অমসুং নুংশিংনা, এনং ন শোষয়তি = আত্মাবু মনী চুপথোক্লনা কংহনবা ঙমদে ॥ ২৩॥

**অপুনবা অর্থ**ঃ— মচেং মকায তাবা পো নত্তবদগী আত্মা অসিবু খুৎলাইনা ককথংপা ঙমদে, মৈনা মাবু চাকথেকপা ঙমদে, ঈশিংনা মাবু চোংহনবা ঙমদে অমসুং নুংশিংনা মাবু কংনবা ঙমদে ॥২৩॥

**অথুপ্পা বা**

পৃথিবীনচিংবা ভূত মঙাগী মনুংদা, পৃথিবী, মৈ, ঈশিং অমসুং নুংশিং মরিসিদি অমত্তা অমবু মাংহনবা ঙম্মী, আকাশদি কনা অমত্তবু মাংহন্দে, মরম অসিনা মরিসিবু হায়রিবনি ॥২৩॥

খুৎলাইনচিংবনা আত্মাবু মাঙহনবা ঙমদবগী মরম তাক্লুনা অস্নুম্না হায়রি—

**অচ্ছেদ্যোঽয়মদাহ্যোঽয়মক্লেদ্যোঽশোষ্য এব চ।**
**নিত্যঃ সর্ব্বগতঃ স্থাণুরচলোঽয়ং সনাতনঃ ॥ ২৪ ॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—** অয়ং অচ্ছেদ্য এব—আত্মা অসি ককথৎপা য়াদবমক্লি ( মরম অসিনা খুৎলাইশিংনা মাবু ককথৎপা ঙমদে ), অয়ং অদাহ্য এব—মসি চাকপা য়াদবমক্লি ( মরম অসিনা মৈনা আত্মাবু চাকথেকপা ঙমদে ), অয়ং অক্লেদ্য এব=আত্মা অসি চোংপা য়াদবমক্লি ( মরম অসিনা ঈশিংনা মাবু চোংহনবা ঙমদে ), অয়ং চ অশোষ্য এব—অদুগা মসি কংহনবা য়াদবমক্লি ( মরম অসিনা নুংশিংনা মাবু কংহনবা ঙমদে )। মসি পুন্নমক্কী মরমদি— অয়ং নিত্য —আত্মা অসি অহৌ-অরোই লৈতনা লৈ, সর্ব্বগত =মফম পুন্নমক্তা শীন্ন থুংনা লৈ, স্থাণু =অকংবা উগী মতৌগুম্না লেঙদনা তুমিন্না লৈ, অচল =তুমিন্না লৈবা মরমদগী লেঙ-ওৎপা তৌদে, সনাতন —মতম পুন্নমক্তা মশক অমত্তদা লৈ ( মশক হোংদনা লৈ ) ॥ ২৪ ॥

**অপুনবা অর্থ ঃ—** আত্মা অসি খুৎলাইশিংনা ককপা য়াদবমক্লি, মসি মৈনা চাকপা য়াদবমক্লি, মসি ঈশিংনা চোংপা য়াদবমক্লি, অদুগা মসি নুংশিংনা কংহনবা য়াদবমক্লি। মসি পুন্নমক্কী মরমদি আত্মা অসি অহৌ অরোই নাইদনা লৈ, মফম পুন্নমক্তা শীন্ন থুংনা লৈ, অকংবা উগী মতৌগুম্না তুমিন্না লৈ, মরম অসিদগী, লেঙ ওৎপা তৌদে অদুগা আত্মা অসি মতম পুন্নমক্তা মশক অমত্তদা ( মশক হোংদনা ) লৈ ॥ ২৪ ॥

## অপুপ্পা বা

মসিদা আত্মা নিত্যনি ( অহৌ অরোই নাইদে ) হায়বসিনা আত্মাবু কনা অমত্তনা পোকহনবা ঙমদে হায়বসি তাক্লি মরমদি অহৌ অরোই নাইবা চফুনচিংবা পোৎশিংদবু মীনা পোকহনবা ঙম্মী। আত্মা সর্ব্বগতনি (মফম পুন্নমক্তা শীন্ন লৈ) হায়বসিনা ফংদবা পোৎকুম্না ফংবা য়াবা পোৎ আত্মা নত্তে হায়বসি তাকই মফম অমদা ( মচি অমদা ) লৈবা চফুনচিংবা পোৎ ফংবা য়াবনি, অদুগা আত্মাদি মফম পুন্নমক্তা লৈবা মরম্না মতম পুন্নমক্তা ফংদুনা লৈরিবনি, অদুবু খঙদবদগী মাবু ফংদবগুম তৌবনি। আত্মা স্থাণু অমস্যুং অচলনি ( তুমিন্না লেঙ-ওৎপা তৌদনা লৈ ) হায়বসিনা, মহাকপু কনা অমত্তনা শঙ্গোম অফম্বা ওলহনবগুম্না মওঙ ওলহনবা ঙমদে তাকপনি অদুগা আত্মা সনাতননি ( মতম পুন্নমক্তা মশক অমত্তদা লৈ ) হায়বসিনা অমোংপা নুংশেলবু তৈথোক্লুনা শেংদোকপগুম্না কনা অমত্তনা মাগী মশকপু শেংদোকপা ঙমদে মহাক নিগুণ ওইবা মরম্না মতম পুন্নমক্তা শেংনা লৈ, মাঙান্দা পাপ পুণ্য, অমা নুংঙাইনচিংবা অমত্ত লৈতে তাকপনি, মরম অসিনা আত্মা অসিগী মরমদা শ্রুতিনস্যু অস্নুম্না তাকলি— **"আকাশবৎ সর্ব্বগতশ্চ নিত্যঃ** ( ছা উ ৩।১৭।৩ ) "আকাশগী মতৌগুম্না আত্মা মফম পুন্নমক্তা শীন্ন লৈ অমস্যুং অহৌ অরোই

নাইদে। **'বৃক্ষ ইব স্তব্ধো দিবি তিষ্ঠতোকস্তেনেদং পূর্ণং পুরুষেণ সর্ব্বম্** (শ্বেত উ ৩/৯)— "উগী মতৌগুম্না লেঙদনা তুমিন্না মতোমদা অঙানবগী মশক চেতনগী মওঙদা ম াক লৈ হকচা গী মনুংদা লৈরিবা অসিগুম্বা আত্মা অসিনা লেঙলি পাল্লিবা পুম্নমকসি থন্না লৈরিবনি।" "**নিষ্কলং নিষ্ক্রিয়ং শান্তং নিরবদ্যং নিরঞ্জনম্** (শ্বেত উ ৬/১৯)— "আত্মতত্ত্ব অসি মচেং মকায় লৈতবনি, লেঙ ওংপা লৈতবনি, মাগী মশক্কা লেঙদনা তপ্পা লৈবনি, পাপ পুণ্য লৈতবনি অমসুং অন্না মুংঙাই লৈতবনি।"

মসিন্নি অশেংবা আত্মতত্ত্বগী মওঙ। মসিগী মরমদা অন্তর্যামি ব্রাহ্মণদসু যাজ্ঞবল্ক্যনা উদ্দালকী মফমদা অসুম্না হায়রি— "**য সর্ব্বেষু ভূতেষু তিষ্ঠন্ সর্ব্বেভ্যো ভূতেভ্যোঽন্তরো যং সর্ব্বাণি ভূতানি ন বিদুর্যস্য সর্ব্বাণি ভূতানি শরীরং য সর্ব্বাণি ভূতান্যন্তরো যময়ত্যেষ ত আত্মাঽন্তর্যাম্যমৃত.** (বৃ উ ৩।৭।১৫)— "পৃথিবীনচিংবা ভূত পুম্নমক্কী মনুংদা লৈরবসু মখোয় পুম্নমক্কগী তোপ্পা মনীং তম্না লৈবা ভূতশিংগী মনু দা লৈরবসু মখোয়না মশাকপু খঙদবা, পৃথিবী নচিংবা ভূত পুম্নমকসি মাগী হকচা ওইবা অমসুং ভূত পুম্নমকসিবু মনুং মপাল অনীমক্কা মনীং তম্না নিয়মন তৌহুনা (লাকশিন্দুনা) থম্লিবা অন্তর্যামী অসি নংাকী (উদ্দালককী) অমৃত ওইবা (শিবা লৈতবা) আত্মানি॥"

অসিগুম্বা অন্তর্যামী আত্মা অসি থাং তা নচিংবা খুংলাইশিং অমসুং পৃথিবীনচি বা ভূতশিংগী মনুংদা শীন্ন থুংনা লৈহনা মখোয়গী আশ্রয় (চঙজফম) ওইহনা লৈরিবনি। মতৌ অসুম্না মখোয়গী মনু দা শীন্ন থুংনা লৈরিবা আত্মা অসিবু কনানা করম তৌনা মাঙ নবা ঙমগনি॥ ২৪॥

অসিগুম্বা আত্মতত্ত্ব অসি ইন্দ্রিয় মন বুদ্ধিনচিংবগীসু বিষয় নত্তে তাক্লুনা ভগবান্না অমুক অসুম্না হায়রি—

**অব্যক্তোঽয়মচিন্ত্যোঽয়মবিকার্য্যোঽয়মুচ্যতে।**
**তস্মাদেবং বিদিত্বৈনং নানুশোচিতুমর্হসি॥ ২৫॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা**ঃ— অয়ং অব্যক্ত =আত্মা অসি ফোঙদোক্লা লৈতে অয়ং অচিন্ত্য =মসি পুক্নীংনা লাম্ব ফংদনা লৈ, অয়ং অবিকার্য্য =মসি মশক কায়দনা (হোংদোক্তনা) লৈ উচ্যতে= মতৌ অসুম্না বেদনা আত্মাবু তাকই। তস্মাৎ=মরম অসিদগী এনং এবং বিদিত্বা=আত্মা অসিবু মাঙবা লৈতনা লেঙদনা লৈবনি খঙদুনা, অনুশোচিতুং ন অর্হসি—ভীষ্ম দ্রোণনচিংবগী আত্মা মাঙখিনি হায়না নহাক (অর্জ্জুন নঙ) ৱাগনু॥ ২৫॥

**অপুনবা অর্থ**ঃ— আত্মা অসি ফোঙদোক্লা লৈতে, মরম অসিদগী মসি পুক্নীংনা লাম্ব ফংদনা লৈ অদুগা মসি মশকসু লেঙদ-কায়দনা (হোংদোকপা তৌদনা) লৈ হায়না বেদনা হায়। মরম অসিদগী আত্মা অসিবু মাঙবা য়াদবনি খঙদুনা নহাক্না (অর্জ্জুনা) ভীষ্ম দ্রোণনচিংবগী আত্মা মাঙখিগনি হায়না ৱাগনু॥ ২৫॥

অথুপ্পা বা

নীং নাকো꠸নচি꠸বা ইন্দ্রিয়শি꠸না লৌবা য়াবা পোংশি꠸বু ব্যবহারদা ফো꠸না লৈবা (ব্যক্ত ওইবা) পোং কৌই। অহুবু আত্মা অসিদি করিগুম্বা ইন্দ্রিয় অমনা লৌবা য়াদে। মচু লৈতবা মরম্না আত্মা অসিবু মীৎনা লৌবা (উবা) ঙমদে মচু লৈবা অপৌবা পোত্তবু মীৎনা উবা ঙম্মী। খোঙ্গেল লৈতবা মরম্না আত্মাবু নাকো꠸নস্থু তাদুনা মাগী মশক খঙবা ঙমদে মহাও লৈতবা মরম্না মাবু লৈয়েংনস্থু লৌবা (খঙবা) ঙমদে, শোকপা লৈতবা মরম্না ত্বগিন্দ্রয়না (উন কৌবা ইন্দ্রিয়না) মাবু লৌবা (খঙবা) ঙমদে অমস্থু꠸ মনম লৈতবা মরম্না মাবু নাতোম্নস্থু নমহুনা লৌবা (খঙবা) ঙমদে। অহুগা খুৎ-খোঙনচি꠸বা কর্মেন্দ্রিযশি꠸না (থবক তৌনবা ইন্দ্রিয়শি꠸না) মাবু লৌবা ফ꠸বা ঙমদে। মতৌ অস্থুম্না জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা অমস্থু꠸ কর্মেন্দ্রিয় মঙানা আত্মাবু খঙবা অমস্থু꠸ লৌবা ঙমদবদগী মহাক অব্যক্তনি (ফোঙদোক্তনা লৈ) হায়রিবনি।

অহুগা হায়রিবা ইন্দ্রিয় তরাসিনা খঙবা লৌবা অমস্থু꠸ ফ꠸বা য়াবা পোংশি꠸বু মননা (পূক্নী না) নী꠸বা য়াবা পোং (চিন্ত্য) কৌই। আত্মা অসিদি ইন্দ্রিয়শি꠸না খঙবা অমস্থু꠸ লৌবা য়াদবদগী পুক্নী꠸নস্থু নী꠸দুনা খঙবা ঙমদবা মরম্না অচিন্ত্যনি। মনসিদি উপাধিগা লোয়ননা লৈরিবা আত্মাগী মপানগী পোং য়ে꠸নবা অমস্থু꠸ খঙনবা সাধন অমনি, য়ে꠸লিবা অমস্থু꠸ খঙলিবা আত্মাবু য়ে꠸নবা খঙনবা সাধন নত্তে। আনোক অসি মীৎনা মপাম্মো꠸গী পোং য়ে꠸নবা সাধননি, য়ে꠸লিবা মীৎ অহুবু য়ে꠸নবা সাধন নত্তে, অহুগা ম꠸াক মী পুস্থু হে꠸বা ঙমদে। মতৌ অহুম্না মনসিস্থু মপাম্মো꠸দগী পোং খঙনবা সাধননি আত্মাবু খঙনবা সাধন নত্তে, অহুগা মহাক আত্মাবু খঙবস্থু ঙমদে। "মনসৈবানুদ্রষ্টব্যম্" (বৃ উ ৪।৪। ৯)— "মননা মরম (সাধন) ওইহুনা আত্মাবু খঙনবা হোৎনগদবনি" অসিনচি꠸বা শ্রুতিশি না ꠸ায়রিবসিদি মননা শ꠸শঙনা আ꠸ত্মাবু য়ে꠸নবা অমস্থু꠸ খঙনবা হোৎনৌ হায়বা নত্তে অশে꠸বা মনদা গুরু শাস্ত্র অমস্থু꠸ ঈশ্বরগী কৃপাদগী আত্মজ্ঞান ফ꠸নবা হোৎনৌ তাকপনি অশে꠸বা মনদা আত্মজ্ঞান পোক্লবদি জ্ঞান অহুনা অজ্ঞান মাঙখিহুনা আত্মা মশা মতোমদা ঙান্দুনা লৈগনি হায়বসি তাকপনি। মসিগী মরমদা অধ্যায় অসিগী ১৮ শুবা শ্লোককী অথুপ্পা বাদা নী꠸খিনা বিচার তৌগ্রে। অহুগা আত্মা শীর-থু꠸না লৈ অমস্থুং লেঙদনা লৈ হায়খিবহুনা আত্মা অবিকার্য্যনি (মওঙ মশক হোংদনা-লেঙদনা লৈ) হায়বসিস্থু সিদ্ধ ওই। করিগুম্বা মকমদা মচি অমদা লৈবা পোং লেঙদনা কীবম কায়দনা মতম পুম্নমক্তা লৈবা ঙমদে, মহাক শোয়দনা লেঙগনি অমস্থু꠸ বিকার্য্য (মওঙ ওনবা পোং) শোয়দনা ওইগনি। মরম অসিদগী ভীষ্ম-দ্রোণ অর্জুনচিংবা লেঙলি পাল্লিবা পো পুম্নমক্তা অমত্ত ওইবা আত্মা শীর-থু꠸না লৈ, অসিগুম্বা আত্মাবু মাঙগ꠸নি খল্লুনা অর্জু꠸না বাবহ চুমদে হায়না ভগবান্না তাকপনি ॥ ২৫ ॥

হকচা নচিংবা মাঙখ্রবস্থু আত্মা মাঙবা য়াদনা লেঙদনা লৈ, মাগীদমক য়াবা চুমদে তাক্লগা হৌভিক আত্মা অসিবু পোকপা-শিবা নাইবনি হায়না করিগুম্বা য়াবা থোক্লবস্থু মাগীদমক য়াবসি চুমদে হায়না ভগবান্না শ্লোক অনীমা অর্জ্জুনবু তাকলি—

অথচৈনং নিত্যজাতং নিত্যং বা মন্যসে মৃতম্।
তথাপি ত্বং মহাবাহো নৈবং শোচিতুমর্হসি ॥ ২৬ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—** অথ চ=আত্মা অনিত্যনি (মাঙগদবনি) হায়বা কাওবুগী য়া লৌদুনা, এবং—আত্মা অসিবু, নিত্যজাতং=শোয়দনা পোকই, বা নিত্যং মৃতং—অমস্থুং শোয়দনা শি হায়না, মন্যসে—নহাক্না খল্লি, তথাপি=মতুম্না ওইরবস্থু, মহাবাহো=পাম্বোম চাউবা হে অর্জ্জুন! এবং—পোকপা শিবা নাইবা আত্মা অসিগীদমক মতৌ অম্থুম্না, ত্বং শোচিতুং ন অর্হসি—নহাক্না য়াবসি চুমদে ॥ ২৬ ॥

**অপুনবা অর্থ ৷—** আত্মা মাঙগদবনি হায়বা কাওবুগী য়া লৌদুনা নহাক্না আত্মা অসিবু শোয়দনা পোকই অমস্থুং শোয়দনা শি হায়না খল্লবস্থু, হে অর্জ্জুন! পোকপা-শিবা নাইবা আত্মা অসিগীদমক নহাক্না মতৌ অম্থুম্না য়াবসিদি চুমদে ॥ ২৬ ॥

অথুপ্পা য়া

দেহাত্মবাদী (হকচাবু আত্মানি য়াবা) চার্ব্বাকশিংনা চৈতন্যবু হকচাংগী ধর্ম্মনি (গুণনি) হায়, অদুগা চৈতন্যসি হকচাংগা লোয়ননা পোকই অমস্থুং শি মসি নত্তবা পরলোকনচিংবদা চংকদৌবা আত্মা কৌবা পোং অমত্ত লৈতে হায়না য়াই। অসিগুম্বা সিদ্ধান্তবু লৌদুনা ভীষ্ম-দ্রোণনচিংবগী য়াথা, অদুগা "অহোবত মহৎপাপং কর্ত্তুং ব্যবসিতা বয়ম্" (অ ১/৪৫) অসিনচিংবা হায়দুনা পাপ তৌবদগী কিবা— মসি পুম্নমকসি চুমদে। মরমদি সিদ্ধান্তসিনা পাপ পুণ্যনচিংবা অমত্ত লৈতে, মশা মশাগী মুংঙাইনবা হোৎনবা অসিমক্তা মথোযগী মথৌনি। মরম অসিনা মথোয়না (চার্ব্বাকশিংনা) অস্থুপ্পা হায়রি—

যাবজ্জীবং সুখং জীবেন্নাস্তি মৃত্যোরগোচরঃ*।
ভস্মীভূতস্য দেহস্য পুনরাগমনং কুতঃ ॥

"হিংলিনা নৈত্রিকা মতম অহক্কী য়াথ মুংঙাইনা লৈনবা হোৎনগদনি, শিরোইদবা-মাঙলোইদবা পোং অমত্ত সংসারদা নৈতে। উৎ ওইনা তুমখিগনবা হকচাংসিগী অমুক হন্না পোকপা কন্না য়াগনি।'

*নাস্তি মৃত্যোরগোচরঃ"গী মহুত্তা "ঋণং কৃত্বা ঘৃতং পিবেৎ" হায়বা পাঠস্থু নংই, মদুগী অর্থদি—"শেল থুম পুরগনা ঘী-থাউ চাগদবনি" হায়বনি।

মন্তৌ অস্মুম্না দেহাত্মবাদপু লৌদ্নবস্মু পাপ ত্তৌরগনীমা কিম অমস্মুং জীবরচিংবগী হকচাংশিংবু লৌদূনা হ্নাবসি অর্জুনা তৌগ্নোইদবনি হায়মসি ভগবানমা তাকই ॥ ২৬ ॥

মসিদা ঐদি দেহাত্মবাদপু লৌদূনা হায়রগ, আত্মা নিত্য ওইরমস্মু পাপ-পুণ্যনা মরম ওইদুনা পোকপা শিবা নাইদুনা লৈ হায়রবনি অস্মুম্না অর্জুনা হায়রবা খোল্লবদি মহৃদা ভগবানমা অস্মুম্না পাউখুম পীরি—

জাতস্য হি ধ্রুবো মৃত্যুর্ধ্রুবং জন্ম মৃতস্য চ।
তস্মাদপরিহার্যেঽর্থে ন ত্বং শোচিতুমর্হসি ॥ ২৭ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**— হি=অহুমক ওইহুনস্মু জাতস্য—মশানা অহানবদা তৌখিবা পাপ পুণ্যগী মতু, ইম্না পোকইবা জীবহুগী, মৃত্যু ধ্রুবং—কর্মগী ফল লোইরবদা শিবসি শোয়দবনি, মৃতস্য চ—অহুগা শিরবা জীবহুগীস্মু সঞ্চিত ওইনা লৈহৌরিবা কর্মশিংগী মহয় চানবগীদমক, জন্ম ধ্রুবং= অমুক হন্না পোকপা লেঙদবনি। তস্মাৎ=মরম অহুদগী, অপরিহার্যে অর্থে=থিংবা ঙম্মোইদবা শোয়দনা ওইগদবা পোকপা-শিবা অহুগীদমক, ত্বং শোচিতুং ন অর্হসি=নঙনা অস্মুম্না হ্নাবসি চুমদে ॥ ২৭ ॥

**অপুনবা অর্থ** — আত্মা পোকই শি ( পোক্ল-শিরা ত্তৌই ) হায়না য়ারবস্মু পাপ-পুণ্যগী মতু ইম্না পোকইবা জীবহুগী শিবসি শোয়দবনি, অহুগা শিরবা জীব অহুগীস্মু মহয় ফংলিবা লৈহৌরিবা কর্মগী মতুং ইম্না অমুক হন্না পোকপসি লেঙদবনি। মরম অহুদগী থিংবা ঙম্মোইদবা পোকপা শিবা অহুগী মরমদা নঙনা অস্মুম্না হ্নাদূনা লৈবসি চুমদে ॥ ২৭ ॥

### অথুপ্পা বা

বৈশেষিক— নৈয়ায়িকশিংনা আত্মা ময়াম ওইনা শীন্ন-থুংনা লৈরবস্মু অমস্মু, নিত্য ওইরবস্মু মোক্ষ ফংদ্রিবা ফাওবা পোকই অমস্মুং শি হায়না য়াই। মখোয়গী সিদ্ধান্তদা-প্রেত ভাব জন্মনি হায়বদি অহানবদা ফংদ্রিবা অনৌবা হকচাং, অনৌবা ইন্দ্রিয়নচিংববু আত্মানা ফংবসি পোকপনি, অহুগা ফংলবা হকচাং ইন্দ্রিয়নচিংবগী পুম্মাঙ মাঙবসি আত্মাগী শিবনি, মনদি অণু ওইবা মরমদগী মাঙদনা লৈ, মোক্ষ ফাওবদস্মু মন মাঙদে। অরাবা পুম্নমক কোক্লুনা মনগা শমদনা আত্মাগী অচেতন ওইনা লৈবা মওঙ মোক্ষনি। অসিগুম্বা সিদ্ধান্তবু লৌদূনা অর্জুনা আত্মা পোকপা শিবা নাই হায়রবদি মহৃদা ভগবানা অস্মুম্না তাক্লি— লান অসিদা নহাক্না ভীষ্ম-দ্রোণনচিংবা পুম্নমকসিবু হাত্তবদগী মখোয় মতম পুম্নমক্তা শোয়দনা হিংহুনা লৈগনি হায়রবদি মখোয়গী শিনগী মরমদা নহাক্না হ্নাবসি চুমই, অহুবু মখোয় অসিদি মপোকসিবু ফংলিবা কর্ম মাঙবদগী শোয়দনা শিগদৌরি অহুগা অমুক হন্নস্মু কর্মগী মতু ইম্না শোয়দনা পোকদৌরি। অসিগুম্বা থিংবা ঙম্মোইদবা মরমসিবু লৌদূনা হ্নাবসিদি লৌশিং শিংবা নহাক্না মতীক চাদে। লানস্মু ক্ষত্রিয় ওইবা নহাক্না মখৌনি, মসি নহাক্না শোয়দনা

তৌফম থোকই, মসিদা মখোয়বু হাংপদা নঙোন্দা পাপ অমত্ত লাক্লোই, অদুগা করিগুম্বা নহাক লান অসিদা হাংথ্রবস্নু স্বর্গ ফংগনি। মরম অসিনা ধর্ম্মশাস্ত্রদা ক্ষত্রিয়শিংগীদমক অস্নুম্না হায়রি—

য আহবেষু যুধ্যন্তে ভূম্যর্থমপরাঙ্মুখাং।
অকূটৈবায়ুধৈর্যান্তি তে স্বর্গং যোগিনো যথা॥

(যাডভ ১।১৩।৩২৪)

"লৈবাক ফংনবগীদমক লান্দা মায় ওন্দনা অচুম্বা খুৎলাইনা (হু তৈদবা তেন্নচিংবনা) লান তৌবা ক্ষেত্রিয়শিংদু যোগীগী মতৌগুম স্বর্গ ফংই। মরম অসিনা শিবগী মরমদা করিমত্ত ৱাকম থোক্কে। ২৭।

মতৌ অস্নুম্না আত্মাগী মরমদা করিমত্ত ৱাকম থোক্কে হায়বসি নীংথিনা তাক্লবা মতুংদা পৃথিবীনচিংবা ভূত মঙানা তিনশিন্দুনা শাবা হকচাংগী মরমদস্নু ৱাবা চুমদে হায়বসি অস্নুম্না তাক্লি—

অব্যক্তাদীনি ভূতানি ব্যক্তমধ্যানি ভারত।
অব্যক্তনিধনান্যেব তত্র কা পরিদেবনা॥ ২৮।

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**— ভারত = ভরতকী শাগেদা পোকপা হে অর্জ্জুন। ভূতানি = হকচাংবু শাগৎলিবা পৃথিবী (লৈবাক) নচিংবা ভূত মঙাসি, অব্যক্তাদীনি—অহানবদা ফোঙদোক্কনা উবা ফংদনা লৈরম্মী, ব্যক্তমধ্যানি—পোকপা অমস্তুং শিবা অনীগী মরক্তা (ময়ায়দা) ফোঙদোক্কনা উবা ফংনা লৈ, অব্যক্তনিধনানি এব—অদুগা শিরবা মতুংদা অমুক হন্না শোয়দনা উখিরোইদবনি, তত্র=অসিগুম্বা হকচাংগী মরমদা, কা পরিদেবনা—ৱাহুনা তেংথাবসি করি কান্নগনি? ॥ ২৮ ॥

অদুগা শ্লোক অসিবু হকচাংগী মক ওইদুনা লৈরিবা আকাশনচিংবা মহাভূত মঙাবু লৌদুনা অমুক অস্নুম্না অর্থ তৌবা যাই—

হে ভারত! ভূতানি—আকাশনচি বা মহাভূত মঙাসি, অব্যক্তাদীনি—ফোঙদোক্কনা লৈবা অব্যাকৃত কৌবা অমস্তুং মায়া উপাধিবু লৌদুনা লৈবা ঈশ্বরদগী পোক্লকপনি ব্যক্তমধ্যানি=পোক্লবা মতুংদা ময়ায়দা মায়ানা মরম ওইদুনা নাম অমস্তুং রূপ (মমিং অমস্তুং মওঙ) লৌদুনা উরিবনি, অব্যক্তনিধনানি এব—অদুগা প্রলয়গী মতমদা অব্যাকৃত ঈশ্বরদা শোয়দনা তিনখিগদবনি, তত্র=ঈশ্বর নত্তুনা, মখোয়গী মশক মতৌ লৈতবা আকাশনচিংবা মহাভূতশিংগী মরমদা, কা পরিদেবনা—ৱাবসি করি কান্নগনি? ।২৮।

**অপুনবা অর্থ ঃ**— হে অর্জ্জুন! হকচাংবু শাগৎলিবা পৃথিবীনচিংবা ভূত মঙাসি অহানবদা ফোঙদোক্কনা মশক উদনা লৈরম্মী, ময়ায়দা উবা ফংনা লৈ, অদুগা শিরবা মতুংদা অমুক হন্না শোয়দনা উখিরোইদবনি; অসিগুম্বা হকচাংগী মরমদা ৱাদুনা তেংথাবসি করি কান্নগনি? ॥ ২৮ ॥

## অথুপ্পা ৰা

অজ্ঞানবদা লৈরম্মদবা অদুগা মতুংদস্তু লৈরোইদবা ময়ায়দা লৈবগুম তৌহুনা উবা পোৎ পুম্নমকসি মিথ্যানি (উরবস্তু মতম অজুম্মক্তা লৈতবা পোৎনি)। মরম অসিনা গৌডপাদাচার্য্যনা মাণ্ডুক কারিকাদা অস্মুম্না ই র— "আদাবন্তে চ যন্নাস্তি বর্ত্তমানেহপি তত্তথা"— "অজ্ঞানবদা অমস্তুং মমৈদা লৈতবা পোৎ অদু হৌজিক উরিবা মতম অসিদস্তু লৈতে।" মসিনা তাক্লি— সুপ্না ভ্রম ওইহনা পোৎ অদু লৈ হায়নবদনি। মসিবু ভগবান্নস্তু "নাসতো বিদ্যতে ভাবঃ" হায়না অজ্ঞানবদা তাকপ্রে। মঙদা উবা পোৎ মঙ মঙথ্রিঙৈগী মমাঙদা লৈরমদে, মঙ মঙবা মতুংদস্তু লৈতে সুপ্না মঙ মঙলিঙৈগী মতম অদুতদা পোৎ অদু উই, অদুগা উরিঙৈগী মতম অদুদা পোৎ অদু সাংসারিক অৱা মুঙাইনচিংবা পুম্নমক পীদুনা লৈ অদুবু অশেংবমক্তি উরিবা মতম অদুদস্তু পোৎ অদু লৈতে। মতৌ অদুগুম্না হকচাং অসিস্তু পোক্ত্রিঙৈগী মমাঙদা লৈরমদে, শিরবা মতুংদস্তু লৈরোই হৌজিক মতম খরদং উদুনা লৈরিঙৈসিদা মসি অৱা-মুংঙাইনচিংবা খরদং ফংদুনা লৈবগুম তৌই অশেংবমক্তি মসি হৌজিকস্তু লৈতে মিথ্যানি। অসিগুম্বা মিথ্যা ওইবা পোৎপু লৌদুনা অমস্তুং লৈ খন্দুনা মাঙখিগনি নীংলগা ৱাবদি চুমদে হায়না ভগবান্না অর্জ্জুনবু তাকপনি। অদুগা শ্লোক অসিগী অনীশুবা অর্থ লৌরবস্তু মসিগী মরমদস্তু শ্রুতিনা অস্মুম্না তাকলি— "তদ্ধেদং তর্হ্যব্যাকৃতমাসীৎ তন্নাম রূপাভ্যামেব ব্যাক্রিয়ত" (বৃ উ ১।৪।৭)— "উরিবা জগৎ পুম্নমকসি মতম অদুদা (সৃষ্টিগী মমাঙদা) অব্যাকৃত (মায়া উপাধিবু লৌদুনা লৈবা চেতন) ওইনা লৈরম্মী অব্যাকৃত অদুনা মশামকপু নাম অমস্তুং রূপকী মশক জগৎ ওইনা ফোঙদোকখি।" মতৌ অস্মুম্না অব্যাকৃতদগী ফোঙদুনা লৈরিবা জগৎ অসি মতুংদা (মহাপ্রলয়গী মতমদা) অমুক হন্না অব্যাকৃত ওইনা লৈগনি। মসিদগী উরিবা সংসার পুম্নমকসি মিথ্যানি হায়না নীংথিনা খঙবা ঙম্মী, সুপ্না হকচাংসিদমক মিথ্যানি হায়বা নত্তে। অদুগা "ভূত গী অর্থ লৌদুনা য়েংলবস্তু পোৎ পুম্নমকসি মাঙগদবা ওাক্তনি হায়রবসি খঙবা ঙম্মী। পোক্তুনা লৈবা পোৎ "ভূত" কী অর্থনি, পোক্লবদি শোয়দনা শিগনি-হায়রবসি নিয়মনি। মরম অসিনা মহাভারত লান লোইরবা মতুংদা ৱাহুনা লৈরিবা যুধিষ্ঠিরগী মথমদা ভগবান্না অস্মুম্না হায়খি—

সর্ব্বে ক্ষয়ান্তা নিচয়াঃ পতনান্তাঃ সমুচ্ছ্রয়াঃ।
সংযোগা বিপ্রয়োগান্তা মরণান্তঞ্চ জীবিতম্॥
অযুধ্যমানো ম্রিয়তে যুধ্যমানশ্চ জীবতি।
কালং প্রাপ্য মহাবাহো ন কশ্চিদতিবর্ত্ততে॥
অদর্শনাদাপতিতাঃ পুনশ্চাদর্শনং গতাঃ।
নৈতে তব ন তেষাং ত্বং তত্র কা পরিদেবনা॥

(মহাভাঃ স্ত্রীপর্ব্ব ২।১৫, ৫, ১৬)

"পৈশিল্লিবা ( তানশিল্লিবা ) লল থুম্নচিংবা পুম্নমকসি মাঙবদা লোইগদবা ঙাক্তনি, চাওখংলিব শিংসিস্মু লৈখা তাবদা লোইগদবনি শম্নবা ( তিন্নবা ) শিংস্মু খাইনবদা লোইগদবনি, অদুগা হিংলিব সিস্মু শিবদা লোইগদবনি। লান তৌদনা লৈবা মী শি, অদুগা লান তৌদুনা লৈবা মীস্মু হিংই। হে ম রারাজ! মতম লাক্লবদা কনা অমত্তস্মু মহুবু লাম্থোকপা ঙমদে। নহাক্কী নচীন ননাও দুর্যোধন্নচিংবা পুম্নমক অহ অদর্শনদগী ( অব্যক্তদগী ) পোক্তুনা উরম্ব নি, অদুগা অমুক হন্না অদর্শন অদুদা তিনগ্রবনি। মখোয়দু নহাক্কী নত্তে অদুগা নহাকস্মু মখোয়গী নত্তে, মসিদা মতৌ অস্মুন্না ৱাহনা তেংথাবাস কবি কান্নগনি?

মসিদস্মু অর্জুনবু তাকপগুম্না যুধিষ্ঠিরবুস্মু ভগবান্না তাকই। মরম অসিদগী বিচার তৌদুনা যে লবদি হকচাংনচিংবগী মরমদা খাইনগনি ( কায়নগনি ) খন্দুনা করিমত্ত ৱাফম থোক্তে হায়বসি নীংথিনা খঙবা ঙম্মী ॥ ২৮ ॥

য়াম্না খঙবা-হৈবা পণ্ডিতশিংস্মু মরূপ মপাং, শাগৈ নাতৈনচিংবগী শিবদা অমস্মুং কায়নবদা য়াম্না ৱানৈ এদনা ৱায যবা নত্তে, অদুবু ৱাগনু ৱাগনু ৰায়না হন্না হন্না তাক্লিবসি করি মরমগীনো হায়না অর্জুনম্না হংলবদা— নংনা হাযরিবা খঙ হৈবা পণ্ডিতশিং অদুস্মু আত্মজ্ঞান লৈতবদগী নহাক্নুম্না ৱারিবনি, আত্মজ্ঞান লৈরবদি মখোয়না ৱারোহদবনি। আত্মাবু খঙবা, তাকপনচিংবসি য়াম্না লুই খন্দুনা নহাক আত্মাবু খঙসনু হায়না হন্না হন্না ( ভগবান ) ঐনা তাকপনি। মরমদি—

আশ্চর্য্যবৎ পশ্যতি কশ্চিদেন—
মাশ্চর্য্যবদ্বদতি তথৈব চান্য।
আশ্চর্য্যহচ্চৈনমন্য শৃণোতি
শ্রুত্বাপ্যেনং বেদ ন চৈব কশ্চিৎ ॥ ২৯ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — কশ্চিৎ = কনাগুম্বনা, আশ্চয্যবৎ = অঙকপগী মশক ওইনা লৈরিবা, এনং— আত্মা অসিবু, পশ্যতি = য়েংই, খঙই মতৌ অস্মুমা য়েংলিবা খঙলিবা মী অদুস্মু অঙকপনি ( আশ্চর্য্যবৎনি ), অদুগা মানা খঙবগী মওং অদুস্মু অঙকপগী মশক্কি তথা এব চ = অদুগা মতৌ অদুগুম্না, অন্য = আত্মাবু খঙবা কনা অমনা, এনং = আত্মা অসিবু, বদতি = খঙননবা তাকপা-হায়বা অদুস্মু আশ্চর্য্যবৎ = অঙকপগী মশক্কি, অন্য চ = অমস্মুং অতোপ্পা কনা অমনা এনং শৃণোতি = আত্মা অসিগী মরমদা তায়, শ্রুত্বা অপি এনং বেদ = অদুগা তারগস্মু মসিবু খঙই আশ্চর্য্যবৎ = অস্মুন্না তাদুনা খঙবা মী অদুস্মু অঙকপনি, কশ্চিৎ চ = অদুগা কনাগুম্বদি, ন এব বেদ = হন্না হন্না তারবস্মু মসিবু খঙদে ॥ ২৯ ॥

**অপুনবা অর্থ**:— কনা[illegible] অঙকপগী মশক ওইনা লৈরিবা আত্মাসি খঙদুনা লৈ, অদুগা খঙদুনা লৈ[illegible] অদু অঙকপনি অমস্মুং মানা খঙবগী মওং অদুস্মু অঙকপনি। মতৌ [illegible]আত্মা অসিবু অতোপ্পগী মফমদা খঙননবা তাকপা হায়বা

অহুস্থ অঙপগী মশক্কি অহুগা অতোপ্পা অমনা আত্মা অসিগী মরমদা তায় অমসুং তারগস্থ মসিবু খঙই, মহুম তৌনা তারগা খঙবা মী অহুস্থ অঙকপনি, অহুগা কনাগুম্বনদি মসিবু তারবস্থ খঙদে ॥২৯॥

## অথূপ্পা বা

শ্লোক অসিদা ভগবান্না খ্বায়দগী অহানবদা আত্মা, আত্মাবু খঙহনা লৈবা মী অমসুং খঙবদুগী মওঙ অহুমসিবু অঙকপগী মশক্কি হায়না তাকলি। মসিগী মরমদি আত্মা অসি মফম পূম্নমক্তা শীন্ন থুংনা লৈরবস্থ হকচাংতদা লৈবগুম, মতম পূম্নমক্তা নুংঙাইবগী মশক ওইরবস্থ অরা-অনা ফংবগুম, অমত্ত ওইরবস্থ ময়াম ওইবগুম, পোকপা শিবা লৈত্রবস্থ, পোকপা শিবা নাইবগুম, অমাঙ অতা লৈত্রবস্থ অমাঙ অতা লৈবগুম, চত্রবস্থ চৎপগুম, মওঙ কায়দনা লৈরবস্থ মওঙ কায়বগুম অমসুং হোনশা ওইনা মুক্ত ওইরবস্থ (মনীং তম্না নাস্থোক্নুনা লৈরবস্থ) বদ্ধ ওইবগুম (সংসারদা পুন্দুনা লৈবগুম) তৌনা লৈ। মরম অসিনা ওন্ন তৈনবা অমসুং মফম অমদা তিন্নহুনা লৈবা ঙমদবা ধর্ম্ম কয়ামুক মঙোন্দা লৈবগুম মীনা উবদগী অমসুং খঙবদগী মসি য়াম্না অঙকপগী মশক্কি হায়বনি। মতৌ অস্থুম্না আত্মাবু খঙহনা লৈরিবা মীস্থ অঙকপনি হায়বগী মরমদি— অজ্ঞান মাঙখিদুনা মাগী অশেংবা মশক ব্রহ্মগী মওঙদা লৈহনা কর্ত্তা ভোক্তা ওইদ্রবস্থ মহাক প্রারব্ধ কর্ম্মগী মথা পোনবগুম তৌদুনা মহুগী মতুং ইন্না মহ লোইদ্রিবা ফাওবা কর্ত্তা ভোক্তাগী মতৌগুম্না লৈ, অরা নুংঙাই ফংবগুম্না লৈ, মাগী মথৌ করিমত্ত লৈত্রবস্থ অতোপ্পগী মতৌগুম্না মথৌ তৌহনা লৈ মতৌ অস্থুম্না মশাগী অশেংবা মশক আত্মাবু খঙলবস্থু জ্ঞানীনা অজ্ঞানীগী মতৌগুম্না লৈবসি অঙকপনি। অহুগা মাগী খঙবগী মঙও অঙকপনি হায়বগী মরমস্থ অসিনি— করিগুম্বা পোৎ অমা জ্ঞানগী বিষয় (হীরম ওইহনা ফোঙদোক্রবতদা পোৎ অহুবু খঙই হাযনৈ অহুগা পোৎ অহুগী জ্ঞান ওইরে হায়নৈ করিগুম্বা পোৎ অমত্ত জ্ঞানগী বিষয় ওইদনা খঙবা য়াদে অহুগ বিষয় লৈতবা জ্ঞানস্থু ওইদে। অহুবু আত্মাবু খঙবসিদি আত্মা জ্ঞানগী বিষয় ওইহনা খঙবা নত্তে, জ্ঞাননা অজ্ঞান মাঙখিহনা আত্মা মশা মতোমদা অশেংবা মওঙদা ফোঙদোকপনি। অহুমক ওইহনস্থ আত্মাগী জ্ঞান ওইরে আত্মা খঙলে, আত্মাবু শংশঙনা খঙবা জ্ঞানীনি অসিনচিংবা হায়নৈ মসিস্থ য়াম্না অঙকপগী মশক্কি। আত্মা মশামক জ্ঞানগী মশক ওইবা মরম্না অতোপ্পা জ্ঞান অমগী বিষয় ওইদে হায়বসিদি অহানবদা হাযগ্রে। অহুগা মরিগুবদা আত্মাবু খঙননবা তাকপা অসিস্থ অঙকপনি হায়বগী মরমদি অসিনি— আত্মা অসি জ্ঞানগী বিষয় ওইদবদগী মন-বুদ্ধি ইন্দ্রিয়নচিংবা পূম্নমক্কী বিষয় ওইদে। শ্রুতিনস্থ অস্থুম্না তাক্লি **"যতো বাচো নিবর্ত্তন্তে। অপ্রাপ্য মনসা সহ"** (তৈ উ ২/৯)—"আত্মাবু ফংবা (তাকপা) ঙমদদুনা ৱাহৈশিং মনগা লোয়ননা মহুদগী হন্দোকই।" মরম অসিনা ৱাহৈনা তাকপা ঙমদবা অমসুং মননা লাম্ব ফংদবা আত্মাবু তাক্নুমা খঙহনবসি য়াম্না লুবনি। করিগুম্বা পোৎ অমদা জাতি, গুণ, ক্রিয়া অমসুং সম্বন্ধ লৈরবদি পোৎ অহুবু ৱাহৈনা তাকপা ঙম্মী, অহুগা মরিসিগী মনুংদা [illegible] ফাওবা লৈতবা পোৎপু ৱাহৈনা

তাকপা ঙমদে মরমদি পোং তাকপদা মরি অসিগী মনু.দা অমা শোয়দনা চঙই। অদুবু আত্মা অসি অশেবা মওংদা অমত্ত ওইবা মরমদগী মঙোন্দা জাতি লৈতবা মরম্না জাতি হায়দুনা মাবু ব্রাহ্মৈনা তাকপা য়াদে। জাতিদি ময়ামদা লৈবা ধর্ম্ম অমনি করিগুম্বা পোং অমগশত্তদা জাতি লৈতে। আত্মাবু মযাম লৌহুনা তাক্লবদি মহাক অশেংবা ওইবা যারোই। আত্মাবু গুণ লৌহুনা তাকপস্ন য়াদে মরমদি মহাক নিগু র্ণনি, ক্রিয়া লৌহুনা তাকপস্ন য়াদে, মরমদি মহাক নিষ্ক্রিযনি অদুগা সম্বন্ধ (অতোপ্পা পোং অমগা মরী লৈনবা শম্নবা) লৌদুনা আত্মাবু তাকপা য়াদে, মরমদি মহাক অদ্বিতীযনি (মহাক নত্তবা মরী লৈনবা য়াবা মহাক্লুম্বা অশেংবা পোং অমত্ত লৈতে, উব্রিবা খঙলিবা পোং পূম্নমকসিদি মিথ্যানি)।

অসিগুম্বা আত্মাবু তশেংনা করম্বা ব্রাহ্মৈনা তাকপা ঙমগনি? জাতিনচিংবা লৈবা পো স্নু ব্রাহ্মৈনা ব্যবহারদা তশেংনা তাকপা ঙমদবা যাম্না লৈ। কনাগুম্বা মী অমা পোকপদগী হৌনা থুম চাদনা লৈ। অতোপ্পা মী অমনা মঙোন্দা থুমগী মহাও করম তৌই তাকপসি যাম্না লুবা বানি থুমগী মহাও অদুদি মী অদুনা শংশঙনা থুম চাব্রবতদা খঙগদবনি মদুগী মহাও কনা অমত্তনা মাবু শংশঙনা তাকপা ঙমদে, থুমগী মহাও য়াকই হায়বদনা মদু মহাক্লা খঙবা ঙম্মোই। অদুবু ব্রাহ্মৈনা তাকপা ঙমদবা অমসুং মননা লাম্ব ফংদবা আত্মা অসিবু মখল মখা অয়াম্বা যুক্তি তৌহুনা ব্রাহ্মৈনা তাক্লগা শংশঙনা খঙহনবসি য়াম্না অঙকপা অমনি হায়বনি। মঙাগুবদা আত্মাবু তাকপদা খঙবা মী অদুস্ন অঙকপা অমনি হায়বসিগী মরমস্ন অসিনি— মী লীশীং লীশীংগী মনুংদা কনাগুম্বা পূণ্য চেনবা লাইবক ফবা মী অমত্তনা শাস্ত্র, গুরু অমসুং ঈশ্বরগী কৃপাদগী আত্মাবু নীংথিনা শংশঙনা খঙবা ঙম্মী, মী খুদিংমক আত্মাবু হেক্লা খঙবা ঙমদে। মতৌ অস্নম্না মী ময়ামগী মরক্লা অসিগুম্বা মী অমা য়াওরবদি মাবু উবমক্তদা মী পূম্নমক্লা ঙকনৈ, অয়াম্বনদি মাবু জ্ঞানীনি হাযবা ফাওবা থাজদে। মসিবু শ্রীভগবানস্ন অস্নম্না হায়গনি—

মনুষ্যাণাং সহস্রেষু কশ্চিদ্যততি সিদ্ধযে।
যততামপি সিদ্ধানাং কশ্চিন্মাং বেত্তি তত্ত্বতঃ॥
বহুনাং জন্মনামন্তে জ্ঞানবান্ মাং প্রপদ্যতে।
বাসুদেবঃ সর্ব্বমিতি স মহাত্মা সুদুর্লভঃ॥
(গীতা ৭।৩, ১৯)

"মী লীশীং লীশীংগী মনুংদা কনাগুম্বা অমত্তনা সিদ্ধি ফংনবা হোৎনৈ, হোৎনব্রিবা সিদ্ধশিংগী মনুংদস্ন কনাগুম্বনা ঐবু (ভগবানবু) অশেংবা মওঙদা খঙই। মপোক কয়ামুক ফংলবা তুংদা জ্ঞানবান্ (জ্ঞানী) ওইহুনা ঐবু ফংই। লেঙদনা পাব্রিবা পূম্নমকসি বাসুদেব ভগবানমক্তি খঙবা অদুগুম্বা মহাত্মা অদুদি ফংঙমদবনি।"

মসি তারগা জ্ঞানী ওইবা গুম্মোই খন্দুনা হোৎনদবদি চুমদে। মী লীশী,তুগী মনুংদা ঐখোয়স্তু জ্ঞান ফংবদা মতীক চাবা মী ওইবা য়াই। হোৎনবদা মপোক অসিদা জ্ঞান ফংত্রবস্তু মতুংদা অফবা মপোক ফংহনা জ্ঞান ফংগনি হায়বসিস্তু মতুংদা ভগবান্না তাক্কনি। মতৌ অস্মুম্না মথক্তা যাগখিবা অঙকপা পূম্নমকসিবু শ্রুতিনস্তু তাক্লুনা অস্মুম্না হায়রি—

শ্রবণায়াপি বহুভির্যো ন লভ্যঃ শৃণ্বন্তোপি বহবো যন্ন বিদ্যুঃ।
আশ্চর্য্যোঽস্য বক্তা কুশলোঽস্য লব্ধা আশ্চর্য্যো জ্ঞাতা কুশলানুশিষ্টঃ॥
(কঠ ১/২/৭)

"কয়ামুক্ত আত্মাসিগী মরমদা তাবা ফাওবা ফংদে, অদুগা কয়ামুক্ত তারবস্তু আত্মাসিবু খঙবা ঙমদে। আত্মাবু তাকপা আচার্য্য অদু অঙকপনি, আত্মাসিবু ফংবা য়াম্না হৈ-শিংবা মী অদুস্তু অঙকপনি, অদুগা য়াম্না হৈ শিংবা আচার্য্যনা উপদেশ পীদুনা আত্মাবু খঙবা মী অদুস্তু অঙকপনি।" মরম অসিনা অসিগুম্বা য়াম্না থুপ্পা আত্মতত্ত্ব অসিবু খঙননবা থাজবগা লোয়নন্না হোৎনগদবনি হায়বসি ভগবান্না তাকপনি ৷২৯৷

মতৌ অস্মুম্না মী পূম্নমক্কী ওইনা আত্মতত্ত্বগী উপদেশ পীখিবদুবু লোইশিন্দুনা ভগবান্না আর্জ্জুনবু অস্মুম্না হায়রি—

দেহী নিত্যমবধ্যোঽয়ং দেহে সর্ব্বস্য ভারত।
তস্মাৎ সর্ব্বাণি ভূতানি ন ত্বং শোচিতুমর্হসি ॥৩০॥

**অন্বয় ব্যাখ্যাঃ**— ভারত—মঙালগী মশক ওইবা আত্মজ্ঞানদা পুক্নী, থিংজিল্লিবা হে অর্জ্জুন! অয়ং দেহী=অকুপ্পা হকচাংশিংবু উপাধি ওইনা লৌদুনা অপোবা হকচাং পূম্নমক্তা শীন্ন থুংনা লৈরিবা আত্মা অসি, সর্ব্বস্য দেহে (বধ্যমানেঽপি)—থবায় পানবা পূম্নমক্কী অপোবা হকচাংশিং হাৎপ্রবস্তু নিত্যং অবধ্য—মতম পূম্নমক্তা হাৎপা য়াদনা অমত্ত ওইনা লৈ তস্মাৎ=মরম অদুদগী, সর্ব্বাণি ভূতানি—জীব ত্রোণনচিংবা থবায় পানবা পূম্নমকপু লৌদুনা মাঙগনি হায়না, ত্বং শোচিতুং ন অর্হসি—নঙনা ৱাবা চুমদে ৷৩ ৷

**অপুনবা অর্থ**ঃ— হে ভারত! অকুপ্পা হকচাংশিংবু উপাধি ওইনা লৌদুনা অপোবা হকচাং পূম্নমক্তা শীন্ন থুংনা লৈরিবা আত্মা অসি থবায় পানবা পূম্নমক্কী অপোবা হকচাংশিং হাৎপ্রবস্তু, মতম পূম্নমক্তা হাৎপা য়াদনা অমত্ত ওইনা লৈ, মরম অদুদগী জীব-ত্রোণনচিংবা থবায় পানবা পূম্নমকপু লৌদুনা মাঙগনি হায়না নঙনা ৱাবা চুমদে ৷৩০৷

অথূপ্পা বা

ব্যাব ।রিক জীবাত্মাগী কারণশরীব (অজ্ঞান), সূক্ষ্মাশরীব (জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা, কর্মেন্দ্রিয় মঙা, প্রাণ মঙা, ।ন অমসু, বুদ্ধি তরাতরেং তিন্দুনা লৈবা অকুপ্পা হকচা,) অমসু, স্থুলশরীর (ঐখোয়না উরিবা অপোবা হকচা,) অহুমসি লৈ। অহুমসিগী মনু দা অপোবা হকচা, অসি পোকপা শিবা নাইত্নুনা লৈবা মরমদগী মসিগী মরমদা ৱাফম থোক্কে হায়বসি তাকখ্রে। অহুগা কারণশরীর ওইবা অজ্ঞান জ্ঞানদগী মাঙদ্রিবা ফাওবা অকুপ্পা হকচা সু মাঙদে মহুগী মনু,দসু অন্ত করণ ওইবা বুদ্ধিসি মকোক্কি শিবা মতমদা অতোপ্পা ইন্দ্রিয় পুমমক মসিদা তিন্দুনা লৈ অহুগা তৌখিবা কর্মশি,গী মতু,ইন্না অপোবা হকচা,শি, লোবা মতমদা ইন্দ্রিযশি, অহু অমুক হন্না থোক্লক্কুনা থবক তৌবা হোই। মতৌ অসুম্না অন্ত করণনা মকোক ওইদুনা লৈবা অকুপ্পা হকচা,গী পাপ পুণ্যগী মতু, ইন্না মাবু উপাধি ওইনা লৌদূনা লৈবিবা জীবাত্মানা অৱা নু,ঙাই ফ,দুনা লৈবগুম তৌই। মরম অসিনা অকুপ্পা হকচা, অহুসু অপোবা হকচা, শিবা অমসু, হাংপা মতমদা মাঙদে অমসু, হাংপা য়াদে। ফীবমসিদা ভগবান্না আত্মাগী মরমদা তাকপহু লোইশিন্দূনা কনাগুম্বা থৱায় পানববু লৌদূনা মাঙগনি হায়না বাবসিদি চুমদে হাযবনি ॥ ৩ ॥

মতৌ অসুম তৌনা ভগবান্না আত্মাগী মরমদা তাক্কুনা ভীষ্ম দ্রোণনচি,বগীদমক ৱাফম থোক্কে হাযরগা হৌজিক "প্রজ্ঞাবাদাংশ্চ ভাষসে" ৴াযনা ১১ শুবা শ্লোক্তা হাযখিবা অহুবু ব্যাখ্যান তৌদুনা লান তৌবসি অর্জুনগী ধর্মনি অধর্ম নত্তে হাযবা তাক্কুনা অসুম্না হৌই—

স্বধর্মমপি চাবেক্ষ্য ন বিকম্পিতুমর্হসি।
ধর্ম্যাদ্ধি যুদ্ধাচ্ছ্রেয়োঽন্যৎ ক্ষত্রিয়স্য ন বিদ্যতে ॥ ৩১ ॥

অন্বয ব্যাখ্যা°— অপি চ=মসিদ নত্তনা (আত্মাগী অশে,বা মওঙ য়ে,লগা মহাক মাঙবা য়াদবদগী ৱাফম থোক্তবা মরম্না লান তৌফম থোকই হাযবতা নত্তনা), স্বধর্ম, অবেক্ষ—নশাগী ধর্মবু (ক্ষত্রিয় ওইবশি,গী লান্দগী মায় ওন্দনা লান থে,নবগী মশক ওইবা ধর্মবু) য়ে,লগসু, বিকম্পিতু,—পূক্নীং লেঙদূনা (ওন্দুনা) লান্দগী মায় ওম্থোকপসি, ন অর্হসি=নঙনা তৌবা চুমদে। হি=মসিগী মরমদি, ধর্ম্যাৎ যুদ্ধাৎ=ধর্মগী মশক ওইবা লান্দগী মায় ওম্থোক্তনা লান থে,নবসিদগী, শ্রেয় অন্যৎ=হেন্না ফবা অতোপ্পা ধর্ম অমা, ক্ষত্রিযস্য ন বিদ্যতে=ক্ষত্রিয়গী লৈতে ॥ ৩১ ॥

**অপুনবা অর্থ°**— আত্মাগী অশেংবা মওঙ য়ে,লগা মহাক মাঙবা য়াদবা মরমদগী ৱাফম থোক্কবা মরম্না লান তৌফম থোকপদ নত্তনা ক্ষত্রিয় ওইবা নখোয়গী ধর্ম য়ে,লগসু নঙনা লান্দগী মায় ওম্থোকপসি চুমদে। মরমদি ধর্মগী মশক ওইবা লান তৌবদগী থোইদোক হেন্দোক্না ফবা অতোপ্পা ধর্ম অমা ক্ষত্রিয়গী লৈতে ॥ ৩১ ॥

অথূপ্পা ব্বা

অর্জ্জুন্না অহানবদা— "পাপমেবাশ্রয়েদস্মান্ হত্বৈতানাততাযিন" (১ ৩৬)— "আততায়ী ওইরবস্ম মখোযবু হাৎলবদি ঐখোয়দা পাপ লাক্কনি" "নবকে নিয়তং বাসঃ" (১/৪৪)— "শাগৈ মাঙহল্লবদি নরকতা শোয়দনা লৈবা তাই" "কথং ভীষ্ম মহং সংখ্যে দ্রোণঞ্চ" (২/৪)— "লান্দা ঐনা করম তৌনা ভীষ্ম অমসুং দ্রোণদা তেন্না থাগনি" অস্থুম্না হাযখিবহ্ ধর্ম্মশাস্ত্র খণ্ডবদগী তৌবনি ধর্ম্মশাস্ত্র খণ্ডলবদি অস্থুম্না হায়রোইদবনি। মরম অসিনা মহ্ পূম্নমক অহ্ অখণ্ড-অহৈগী বা নত্তে হায়দূনা ভগবান্না "প্রজ্ঞাবাদংশ্চ ভাষসে" (২/১১) অস্থুম্না অর্জ্জুনবু হায়খি। মহ্ করি মরমদগী অখণ্ড অহৈগী ব্বা মত্তবনো হায়বসি ভগবান্না হৌজিক তাকপিরি— অধর্ম্মবু মাঙহন্নবা ধর্ম্মযুদ্ধ (র্ম্ম ঙাক্লনবা লান) তৌবসি ক্ষত্রিয়গী অথোইবা ধর্ম্মনি। দুর্য্যোধনগী কাংবুসি ক্ষত্রিয ওইরবস্থ মখোয়না অধর্ম্ম তৌহ্না লৈরি, মহ্দগী প্রজা পূম্নমকস্থ যাম্না ব্বারি। "ক্ষযাৎ প্রজাঃ ত্রাযতে ইতি ক্ষত্রিয়ং"। "প্রজাশিংবু মাঙবদগী অমসুং ব্বাবদগী কনবা মরমদগী ক্ষত্রিয় কৌই" হায়রিবনি। মখোয়না মহ্ তৌদনা অধর্ম্ম তৌরগা প্রজাশিংবু ব্বাহল্লী অমসুং নখোয়দগী (পাণ্ডবশিংদগী) মুন্দুনা লৈবাক লৌরগা লৈরি। মরম অসিনা মখোযবু হাৎপদা করিগুম্বা পাপ অমত্ত লৈতে। ধর্ম্মশাস্ত্রদস্থ মসিগী মরমদা অস্থুম্না হায়রি—

ক্ষত্রিযো হি প্রজা বক্ষন্ শস্ত্রপাণি প্রদণ্ডবান্।
নির্জিত্য পবসেন্যানি ক্ষিতিং ধর্ম্মেণ পালযেৎ ॥ (পরাশর)

ক্ষত্রিযনা মখুত্তা খুৎলাই পাযহ্না, অধর্ম্ম তৌবা মীবু দণ্ড পীদূনা প্রজাশিংবু ঙাক শেন্দুনা লৈরগা অতোপ্পগী তেঙ্গোনশিংবু লান্দা মাযথিবা পীদূনা ধর্ম্ম কায়দনা লৈবাক ঙাক্লূনা লৈগদবনি।"

সমোত্তমাধমৈ বাজা চাহুতঃ পালযন্ প্রজাং।
ন নিবর্ত্তেত সংগ্রামাৎ ক্ষাত্রং ধর্ম্মমনুস্মবন্।
সংগ্রামেষ্বনিবর্তিত্বং প্রজানাঞ্চৈব পালনম্।
শুশ্রূষা ব্রাহ্মণানাঞ্চ বাজ্ঞং শ্রেয়স্কবং পবম্।

(মনু ৭ ৮৭ ৮৮)

"প্রজাশিংবু ঙাক-শেন্দুনা লৈবা ক্ষত্রিযবু মতীক মগুণ মপাঙ্গল্দা মাগা মান্নবা, মঙোন্দগী হেনগৎপা নত্রগা মঙোন্দগী শোম্বা ক্ষত্রিয়না লাল্লাউ লাউহ্না লান্দা কৌরবদি মংাক্লা ক্ষত্রিয় ধর্ম্মবু পুক্নীংদা নীংশিংহ্না লান অহ্দগী মায় ওন্থোকলোইদবনি। লান্দগী মায় ওন্থোক্লবা, প্রজাশিংবু যোক থাক্লনা লৈবা অমসুং ব্রাহ্মণশিংগী সেবা তৌহ্না লৈবসি ক্ষত্রিয়গী অথোইবা মঙ্গল ওইগদবা ধর্ম্মন।"

মরুম অসিনা অধর্ম্মবু মাঙহনবা অর্জ্জুন্না লান তৌবসিদা পাপ লৈরোই, পূণ্য ওইগনি হায়বসি ভগবান্না তাকপনি ॥ ৩১ ॥

ক্ষত্রিয়না অধর্ম্মদগী ধর্ম্ম ঙাক্নবা লান তৌবা হৌনৈ হায়বসিদি চুম্মী অহৃবু ভীষ্ম দ্রোণনচিংবগা লোন্নবা লান তৌবসিদি চুমদে নীংই হায়না অর্জ্জুন্না হায়রবদা মহৃগী পাউখুমদা অস্নুম্না হায়রি—

যদৃচ্ছা চোপপন্নং স্বর্গদ্বারমপাবৃত্তম।
সুখিন ক্ষত্রিয়া পার্থ লভন্তে যুদ্ধমীদৃশম ।৩২।

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — পার্থ = হে অর্জ্জুন! যদৃচ্ছয়া = ফ গে হায়না নোম্না (হায়জরুবা) তৌদনমক, উপপন্নং = ফংলিবা (লাকইবা) ঈদৃশং = মতৌ অসিগুম্না (ভীষ্ম দ্রোণনচি বা পুম্নমক অতোপ্পা তেঙ্গোন্দা লৈহৃনা নঙগা লোযননা লান শোক্লগদৌরিবা) যুদ্ধং = লানসিবুদি, সুখিনঃ ক্ষত্রিয়া লভন্তে = নু ঙাই য়াইফবা মরাইবক ফবা ক্ষত্রিয়শিং দনা ফংই (মরুমদি ভীষ্ম দ্রোণনচিংবা ফাওরবা অমস্তুং অকনবশি সিবু জয তৌবা অমস্তুং মায়থীবা পীবা ঙম্নবদি মিংচং য়াম্না চ কনি-ফাওগনি অহৃগা লৈবাক ফংহৃনা নুঙাইনা য়েক্ল তিংথং লৈতনা লৈবা ঙমগনি অহৃগা করিগুম্না লানসিদা মায় ওন্দনা শিখিবা থোক্লবস্তু) স্বর্গদ্বারং অপাবৃত্তম = নহাক্কীদমক স্বর্গগী থোঙ হাংহৃনা লৈরে। (নহাক শিবমক্তদা স্বর্গ ফংগনি) ।৩২।

**অপনবা অর্থ** — হে অর্জ্জুন! হায়জরুবা নিজরুবা তৌদনমক ফংলিবা অসিগুম্না লান অসিবুদি নুংঙাই য়াইফম্না লৈবা মরায়বক ফবা ক্ষত্রিযশিংদনা ফংই, মরুমদি লান অসিদা জয ওইরবদি মিংচং অমস্তুং লৈবাক ফংহৃনা নুংঙাইনা লৈগনি, অহৃগা শিখিবা থোক্লবস্তু স্বর্গ শোয়দনা ফংগনি ।৩২।

## অথুপ্পা বা

মসিদা ভগবান্না অর্জ্জুনবু অস্নুম্না তাকপিরি— লানসিদা ভীষ্ম দ্রোণনচিংববু গুরুজননি হায়না নীংদুনা হাংপা চুমদে খনগনু মখোয় অসি হৌজিক নখোয়গী আততায়ী ওইনা লাক্লবনি, আততায়ীশিংবু হাংপদা করিমত্ত দোষ লৈতে। ধর্ম্মশাস্ত্রনচিংবা পুম্নমক্তস্তু অস্নুম্না হায়রি—

গুরুং বা বালবৃদ্ধৌ ব্রাহ্মণং বা বহুশ্রুতম্।
আততায়িনমায়ান্তং হন্যাদেবাবিচারয়ন্ ॥
নাততায়িবধে দোষো হন্তুর্ভবতি কশ্চন ॥

(মনু ৮/৩৫ ৩৫১)

"গুরুস্তু ওইসনু নত্রগা অঙাং অহলস্তু ওইসনু, নত্রগা লাইরিক লাইত্ত য়াম্না খঙবা হৈবা ব্রাহ্মণস্তু ওইসনু, আততায়ী ওইনা লাক্লবদি বিচার ইতৌ-তৌদনা মখোয়বু শোয়দনা হাংকদবনি। মরমদি আততায়ীবু হাংপদা মীহৃগী দোষ করিমত্ত ওইদে।"

আততায়িনমায়ান্তমপি বেদান্তপারগম্।
জিঘাংসন্তং জিঘাংসীয়ান্ন তেন ব্রহ্মহা ভবেৎ॥

"বেদগী নিরুক্তনচিংবা অঙ্গ তরুকপু নীংখিনা খঙবা ব্রাহ্মণসু ওইসনু, হাংনীংদুনা আততায়ী ওইদুনা লাক্লিবা মহাকপু হাংনীংউ, মহাকপু হাংপদগী ব্রাহ্মণ হাংপা ওইরোই। (আততায়ী কদায়বু কৌবগে হায়বসিদি অহানবা অধ্যায়গী ৩৬, ৩৭ শুবা শ্লোককী অথুপ্পা য়াদা ইগ্রে)।

অহুগা লান্দা মায় ওন্দনা শিখিবনা স্বর্গ ফংববুসু অসুম্না তাক্লি—

আহবেষু মিথোঽন্যোন্যং জিঘাংসন্তো মহীক্ষিত।
যুধ্যমানাঃ পরং শক্ত্যা স্বর্গং যান্ত্যপরাঙ্মুখাঃ॥
(মনু ৭/৮৯)

"লান শিংদা অমনা অমবু হাংনীংদুনা (হাংননবা) শুম্বা মখে হোংনহুনা মায় ওন্দনা লান তৌরিবা ক্ষত্রিয়শিং স্বর্গদা চংলি ॥৩২॥

মসিদা অমুক হন্না— "ন কাংক্ষে বিজয়ং কৃষ্ণ ন চ রাজ্যং সুখানি চ (১/৩২)— ঐদি বিজয় পামদে, লৈবাক অমসুং নুংঙাইবসু পামদে' — "অপি ত্রৈলোক্যরাজস্য হেতোঃ" (১/৩৫)— "লোক অহুম ফংলবসু ঐনা লান তৌনীংদে হায়গ্রে। মরম অসিনা লৈবাক নত্রগা স্বর্গ ফংনবা লান তৌ হায়না হন্না-হন্না তাকপীরিবসি করি মরমগীনো হায়না অর্জুনা হংলবদা ভগবান্না মহুগী পাউখুম অসুম্না পীরি—

অথ চেত্ত্বমিমং ধর্ম্ম্যং সংগ্রামং ন করিষ্যসি।
ততঃ স্বধর্ম্মং কীর্ত্তিঞ্চ হিত্বা পাপমবাপ্স্যসি॥৩৩॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা**:— অথ=ঐনা (ভগবান্না) হায়রবু য়াদদুনা, ত্বং চেৎ=করিগুম্বা মহাক্না, ধর্ম্ম্যং=অফবা মীশিংনা তৌনরিবা ধর্ম্ম লৈতে হায়বা য়াদবা (ধর্ম্ম কায়দবা), ইমং সংগ্রামং=লান অসিবু ন করিষ্যসি=তৌত্রবদি, তত=মহুদগী (লান তৌদবা অহুদগী) স্বধর্ম্মং=নশাগী (ক্ষত্রিয়গী) তৌফম থোকপা লানগী মশক ওইবা ধর্ম্ম, কীর্ত্তিং চ=অমসুং মহাদেবনচিংবগা লোয়ননা লান তৌবদগী ফংবা মিংচৎপু, হিত্বা=থাদোক্লগা, পাপং অবাপ্স্যসি=শান্নবা থিংবা থবক তৌবদগী ওইগদবা পাপ অহু নওনা ফংগনি ॥৩৩॥

**অপুনবা অর্থ**:— ঐনা হায়বা য়াদদুনা করিগুম্বা নহাক্না ধর্ম্ম লৈতে হায়বা য়াদবা লান অসিবু তৌত্রবদি মহুদগী নখোয় ক্ষত্রিয়শিংগী তৌফম থোকপা লানগী মশক ওইবা ধর্ম্ম অমসুং মিংচৎপু থাদোক্লগা নওনা শোয়দনা পাপ ফংগনি ॥৩৩॥

**অথুপ্পা বা**

মসিদা ভগবান্না "সংগ্রাম" গী (লানগী) বিশেষণ ওইনা "ধর্ম্ম্য" (অফবা মীশিংনা তৌনরিবা ধর্ম্ম লৈতে হায়বা য়াদবা) য়াহৈসি পীরি। মসিগী মরমদি— ক্ষত্রিয়শিংনা তৌবা হৌনবা লান

অসিদা নিয়ম খরা লৈ, নিয়মশিংদু কাযদনা লান তৌরবদি মদু ধর্ম্মগী মশক ওই অদুগা নিয়ম কায়না তৌরবদি মদু পাপকী মশক ওই। ক্ষত্রিযশিংনা লান কয়ম্না তৌবা হৌনৈ হায়বদু মনুনা অস্নুম্না তাকলি—

ন কূটৈবায়ুধৈর্হন্যাদ্যধ্যমানো বণে বিপন্।
ন কর্ণিভির্নাপি দিগ্ধৈর্নাগ্নিজ্বলিত তেজনৈ ॥৯ ॥
ন চ হন্যাৎ স্থলারূঢ়ং ন ক্লীবং ন কৃতাঞ্জলিম।
ন মুক্তকেশং নাসীনং ন তবাস্মীতি বাদিনম্ ॥৯১॥
ন সুপ্তং ন বিসনাহং ন নগ্নং ন নিবায়ুধম্।
নাযুধ্যমানং পশ্যন্তং ন পবেণ সমাগতম ॥৯২॥
নাযুধব্যাসনপ্রাপ্তং নার্ত্তং নাতিপবিক্ষতম্।
ন ভীতং ন পবাবৃত্তং সতাং ধর্ম্মমনুস্মবন্ ॥৯৩। (অ ৭)

"লান তৌরিবা মীনা লান্দা য়েক্লবশিংবু কূট ওইবা (মপান্থোংদা অচম্বা ওইনা উরবস্নু সমুংদা অথৌবা পোং লোত্ত না থম্লিবা) খূৎলাইনা মাকোংগী মওঙ ওইনা মচীন লৈবা তেন্না হু তৈবা তেন্না মৈদা ঈক্তুনা মচীন মযা থৌনা শাবা খূৎলাইনা হাংলোইদবনি। মশামক্তি দোলায় তোংদুনা লৈবা, মীনা দোলায়দগী লৈবাক্তা কুমথদুনা লৈবা য়েক্লববু হাংলোইদবনি, অয়ম্বা অমসুং খুৎ লোন্নদুনা লৈবা যেক্লববু হাংলোইদবনি, মশম থাদোক্তুনা লৈবা, ফমদুনা লৈবা অমসুং "ঐ নংগীনি" হায়বা যেক্লববু হাংলোইদবনি। তুমদুনা লৈবা, লান তৌনবা শেম শাদনা লৈবা, ফি থোক্তুনা লৈবা, খূৎলাই লৈতবা, লান তৌদবা, লান যেংদুনা লৈবা অদুগা অতোপ্পগা লোয়ননা লান তৌদুনা লৈরিবা য়েক্লববুস্নু হাংলোইদবনি। খূৎলাই তেক্তুনা লৈবা, বাদুনা লৈবা য়াম্না হকচাং শোক্তুনা লৈবা, কিদুনা লৈবা অমসুং মায ওস্থোক্তুনা লৈবা যেক্লববুস্নু অফবা মীশিংগী ধর্ম্মবু মীং শিংদুনা হাংলোইদবনি।"

মতৌ অস্নুম্না শাস্ত্রনা থিংদুনা থম্লিবা নিয়মশিংসিবু খুগাইদুনা লান তৌবা ক্ষত্রিয় অদুতদা পাপ ওইগদবনি অদুবু নওদি (অর্জ্জুনদি) ধর্ম্ম কাযদনা লান তৌগদৌরি নওনা তৌগদৌরিবা লান অসিদা অফবা মীশিংনা তৌনরিবা ধর্ম্মদু লৈতে হাযবা য়ারোই। মরম অসিনা লান অসি তৌবদা নঙোন্দা করম্না পাপ লাক্কনি? অসিগুম্বা ধর্ম্মগী মশক ওইবা লানবু থাদোক্তুনা নংনা লান তৌদ্রবদি "ন নিবর্ত্তেত সংগ্রামাৎ"—"লানদগী ক্ষত্রিয়না মায় ওল্লোইদবনি" হায়না শাস্ত্রনা তাকপসিবু থাদোক্তুনা শাস্ত্রনা থিংবা মায় ওস্থাকপা তারবদি নঙোন্দা শোযদনা পাপ লাক্কনি অমসুং মিংচৎস্নু য়াম্না থীগনি হায়বসি ভগবান্না অর্জ্জুনবু তাকলিবনি। অদুগা মসিদগী—"পাপমেবাশ্রয়েদস্মান্ হত্বৈতানাততায়িনঃ" (১/৩৬)—"আততায়ী ওইরবস্নু মখোয়বু হাংপদা ঐখোয়দা পাপ লাক্কনি" হায়না অর্জ্জুন্না হায়খিবা অদুস্নু মথক্তা তাক্লিবসিগী মতুং ইন্না চুমদবদা তাগনি ॥৩৩॥

মতৌ অস্থুম্না অর্জ্জুনা লান তৌত্রবদা পামহনা লৈরিবা অক্নবা মি꠸চং অমস্থু꠸ ফ꠸নী꠸বা ধর্ম্ম অনীসিবু ফ꠸দবা অহুগা পামদনা লৈরিবা অথীবা মি꠸চং অমস্থু꠸ ফ꠸নী꠸দবা পাপ অনীসিবু ফ꠸ই হায়রবসি ভগবান্না তাকখ্রে। মহুদা ফ꠸গদবা পাপ অহুগী ফলদি তু꠸দা পরলোকতা ওইগনি, অহুগা অথীবা মি চং ফ꠸বহুদি হৌজিক হৌজিকমক ওইগদৌরি, মহুদি খাওবা ঙম্মোইদবা অম নি হায়না ভগবান্না অর্জ্জুনবু অস্থুম্না তাকপীরি—

অকীৰ্ত্তিং চাপি ভূতানি কথয়িষ্যন্তি তেঽব্যযাম্।
সম্ভাবিতস্য চাকীৰ্ত্তির্মরণাদতিরিচ্যতে। ৩৪।

**অন্বয ব্যাখ্যা :**— অপি চ—মসিদ নত্তুন ( মি꠸চং অমস্থু꠸ পুণ্য থাদোক্লুনা পাপ ফ꠸বদা নত্তুন ), ভূতানি=মী লাইনচি꠸বা পূন্নমক্লা, তে অব্যয়া꠸ অকীৰ্ত্তি꠸—নহাক্কী মতম কুইনা মাঙদনা লৈগদবা অথীবা মি꠸চং অহুবু ( অর্জ্জুন ধর্ম্ম খঙবা মী ওইরমদে মহাক পাঙদবা মী ওইরম্মী—অ সিনচি꠸বা ), কথয়িষ্যন্তি=ৱারী ৱাতাই শাবা মত্তমদা ঙাঙনদূনা লৈগনি। সম্ভাবিতস্য চ=অহুগা মতীক মগুণ চাউবা অমস্থু꠸ মীনা ইকাই খুম্নবা অচৌবা মীগী, অকীৰ্ত্তি =অথীবা মি꠸চং ফ꠸বসিদি, মরণাৎ অতিরিচ্যতে—শিবদগীস্যু হেনবনি ( অথীবা মি꠸চং ফ꠸বগী মহুত্তা শিবনা হেন্না ফৈ। নহাকস্যু হৌজিক্কী মতমদা য়াম্না নতীক নগুণ চাউবা অমস্থু꠸ যাম্না ফাওবা অকনবা অমা ওইনা লৈরিবনি মরম অসিনা ফ꠸গদৌরিবা অথীবা মি꠸চং অহুবু নঙনা খাঙদূনা লৈবা ঙম্মোই ) । ৩৪।

**অপুনবা অর্থ :**— অক্নবা মি꠸চং অমস্থু꠸ পুণ্য থাদোক্লুনা অথীবা মি꠸চং অমস্থু꠸ পাপ ফ꠸বদ নত্তুনা নহাক্কী মতম কুইনা মাঙলোইদবা অথীবা মি꠸চং অহুবু মী লাইনচি꠸বনা ঙাঙনহুনা লৈগনি অহুগা মতীক মগুণ য়াম্না লৈবা অমস্থু꠸ ইকাই খুম্নবা মীগীদি অথীবা মি꠸চং ফ꠸বসি শিবদগীস্যু হেন্না অৱাবা অমনি। ৩৪।

ঐগী পুক্নী꠸বু খঙদবা অতোপ্পা মীশি꠸না ঐগী নিন্দা তৌবহুদি তৌজসনু, অহুবু ঐগী পুক্নী꠸বু খঙলিবা ভীষ্ম-দ্রোণনচি꠸বা মহারথ পূন্নমক অসিদি য়াম্না পেনগনি অমস্থু꠸ ঐবু য়াম্না থাগৎকনি—অস্থুম্না অর্জ্জুন্না হায়রবদা, মসিগী পাউখুম ওইনা শ্রীভগবান্না অস্থুম্না তাকপীরি—

ভযাদ্রণাদুপরতং মংস্যন্তে ত্বাং মহারথাঃ।
যেষাং চ ত্বং বহুমতো ভূত্বা যাস্যসি লাঘবম্ ॥ ৩৫ ॥

**অন্বয ব্যাখ্যা :**— মহারথা—নঙনা হায়রিবা ভীষ্ম দ্রোণনচি꠸বা মহারথশি꠸হুস্যু, ত্বা꠸—নহাকপু, ভয়াৎ—কর্ণনচি꠸বা অকনবশি꠸দগী কিহুনা, রণাৎ উপরত꠸ ম꠸স্যন্তে—লান্দগী হন্দোকখ্রে হায়না খনগনি, যেষা꠸ চ—অহুগা ভীষ্ম-দ্রোণনচি꠸বা মখোয়হুগী, ত্বং বহুমত꠸ ভূত্বা—নহাক য়াম্না থাগৎলকম অমস্থু꠸ য়া নকম ওইহুনা অহানবদা লৈরগা, লাঘব꠸ যাস্যসি—হৌজিক মখোয়দগী উশিং থৌওইদবা ফংগ নি ॥ ৩৫ ॥

অপুনবা অর্থ ৎ— ভীষ্ম দ্রোণনচিংবা মহারথশিংস্থ, নহাকপু কর্ণনচিংবা অকনবশিংনগী কিচ্চুনা লান্দগী হন্দোকপ্রে হায়না শোয়দনা নীংখিগনি অহুগা ভীষ্ম-দ্রোণনচিংবা মখোয় অহুগী নহাক য়াম্না থাগংনকম অমস্তু, য়া নকম ওইহুনা অহানবদা লৈরগা হৌজিক মখোয়দগী উশিং থৌওইদবা ফংগনি ( মরম অসিনা মসিদগী হেন্না ইকাইবা করম্বা অমা লৈগনি ? ) ॥ ৩৫ ॥

ভীষ্ম দ্রোণনচি বনা ঐবু উশিং থৌওইদনা তৌবিবদা ঐগী করিমত্ত কাযবা লৈন্তে, অহুবু দুর্য্যোধনচিংবদি য়াম্না পেনবা পোক্কনি অমস্তু ঐবু শোয়দনা থাগংকনি, মরমদি— ঐনা লান তৌবসিবু থাদোক্লবদি মখোয়না নীংলিবহ য়াম্না লায়না থুংগনি হায়না অমুক হন্না অর্জ্জুনা হায়রবদি মহুদা ভগবান্না— নঙনা ( অর্জ্জুন্না ) নীংলিবহ তাকুনা অস্তুম্না হায়রি—

অবাচ্যবাদাংশ্চ বহূন্ বদিষ্যন্তি তবাহহিতা ।
নিন্দন্তস্তব সামর্থ্যং ততো দুঃখতরং নু কিম্ ॥ ৩৬ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— তব অহিতা=নহাক্কী মাঙনবা তৌরিবা দুর্য্যোধন কর্ণনচিংবা য়েক্লবা পুম্নমক্না তব সামর্থ্যং নিন্দন্ত =নহাক্কী তৌবা ঙম্বা অথোইবা নপাঙ্গল অহুগী নিন্দা তৌহুনা অবাচ্যবাদান চ বহূন=হায়হৈদবা ( ডাঙহৈদবা ) ৱা ( অর্জ্জুন অসি যাম্না পাঙদবা অয়ম্বা মীনি, খরায় মাঙগনি কিচ্চুনা লান্দগী চেনখ্রে অসিনচিংবা ) কযামুকপুস্থ বদিষ্যন্তি=ডাঙদূনা লৈগনি তত দুঃখতরং=মহুদগী (নিন্দানচিংবা তৌরিবা অহুদগী ফ গদবা অৱাবহুদগী) থোইনা হেনবা অৱাবা অমা কিং নু=কদায়দগী ফংগনি ? ( মরম অসিনা মখোয়না নহাকপু থাগংকনি হায়বসিদি কদৌঙৈদস্থ খল্লুগন্থ ) ॥ ৩৬ ॥

অপুনবা অর্থ ৎ— নহাক্কী মাঙনবা তৌরিবা দুর্য্যোধন কর্ণনচিংবা যেক্লবশিংনা নহাক্কী তৌবা ঙম্ব নপাঙ্গল অহুগী নিন্দা তৌহুনা হায়হৈদবা ৱা কযামমুকপুস্থ হাযহুনা লৈগনি । মতৌ অস্তুম্না নিন্দা নচিংবা তৌরিবা অহুদগী ফংগদবা অৱাবদগী থোইনা হেনবা অৱাবা অমা কদায়দগী ফংগনি ? ॥ ৩৬ ॥

নাহ ওইরবদি লান তৌবদা গুরুজনশিংবু শাংপগী নিন্দা অতোপ্পা মীশিংনা শোয়দনা তৌগনি, অহুগা লান তৌদ্রবদি য়েক্লবশিংনস্থ ঐগী নিন্দা শোয়দনা তৌগনি মতৌ অস্তুম্না ঐদি অনীসিগী ময়াযদা পুন্দুনা লৈরে। ফীবম অসিদা ঐনা হৌজিক করি তৌবা হৌনৈ নত্রগা কৌনদে হায়বসি তাকপীযু হাযনা অর্জ্জুন্না হংজরবদা, ভগবান্না মাবু লান তৌবা ফৈ হায়বসি তাকপীরি—

হতো বা প্রাপ্স্যসি স্বর্গং জিত্বা বা ভোক্ষ্যসে মহাম্ ।
তস্মাদুত্তিষ্ঠ কৌন্তেয় যুদ্ধায় কৃতনিশ্চয়ঃ ॥৩৭॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — হত বা=করিগুম্বা লানসিদা নহাক হাংখিবা থোকলবস্থ, স্বর্গং প্রাপ্স্যসি=স্বর্গ শোয়দনা ফংগনি, জিত্বা বা=অহুগা করিগুম্বা লান ঙম্ব থোক্লবস্থ, মহীং ভোক্ষ্যসে=মলেম লৈবাক ফংদুনা মহুগী নুংঙাইবা ফংগনি, তস্মাৎ=মরম অসিদগী, কৌন্তেয়=কুন্তীগী মচা ...

অর্জ্জুন! কৃতনিশ্চয় =ঐ লান অসিদা য়েক্লবশিংবু জয় তৌগে নত্রগা শিরগে হায়না পুক্লীংদা চপ য়ুংনা লেপ্তুনা, যুদ্ধায় উত্তিষ্ঠ=লান তৌননবগীদমক হৌগৎলো (শেম-শারো) ॥ ৩৭ ॥

**অপুনবা অর্থ :**— করিগুম্বা নহাক লান অসিদা হাংখিবা থোক্লবম্ব স্বর্গ শোয়দনা ফংগনি, অদুগা লান ওম্ব থোক্লবম্ব নহাক লৈবাক ফংদুনা মহুদগী নুংঙাইনা লৈবা ওমগনি। মরম অসিদগী হে অর্জ্জুন! লান তৌগে হায়না পুক্লীংদা চপ লেপ্তুনা লান তৌনবগীদমক শেম-শারো॥ ৩৭॥ (মসিদগী "ন চৈতদ্বিদ্ম কতরন্নো গরীয়" ২/৬— নিহুনা চাবা অমস্থং লান তৌবা অনীসিগী মনুংদা ঐখোয়গীদমক করম্বনা ফবনো হায়বসি খঙদ্রে অসিনচিংবা অর্জ্জুনা হায়খিবা অদুগী পাউখুমস্ম মফমসিদা ভগবান্না পীরে) ॥ ৩৭ ॥ '

মসিদা অর্জ্জুন্না অস্মুন্না হংলি— **"হতো বা প্রাপ্স্যসি স্বর্গম্"** অসিনচিংবদা নহাক্না (ভগবান্না) লান অসিবু স্বর্গনচিংবগী সাধন ওইনা তাকপীরি মসিদি কাম্যকর্ম্মগী মওং ওইরে অদুগা অহানবদা **"ধর্ম্ম্যাদ্ধি যুদ্ধাচ্ছ্রেয়োঽন্যৎ ক্ষত্রিয়স্য ন বিদ্যতে"** (২/৩১) হায়বিখিবা অদুদদি ধর্ম্ম কায়দনা তৌবা লান অসি মোক্ষগী সাধননি, মহুদগী হেন্না ফবা সাধন অমা লৈতে হায়না তাকপীখি, মহুদি ঈথৌ ওইনা তৌগদবা নিত্যকর্ম্মনি, স্বর্গনচিংবা ফলগীদমক নত্তে। মরম অসিনা ঐনা করি নীংদুনা অমস্থং করম তৌনা লান তৌগদগে হায়বসিদা চিংনজরে, অস্মুন্না অর্জ্জুন্না হংলবদা ভগবান্না অস্মুন্না হায়রি— ভাবনা (পুক্লীংদা নীংবা) খেন্নবদগী কর্ম্মগী ফল ফংবদা খেন্নবনি, কর্ম্মগী মওংদদি করিমত্ত খেন্নদে, মহুবু ফল পামদুনা তৌরবদি তৌরিনা মী অদুনা স্বগনচিংবা ফল ফংই, অদুগা মহুবু নিষ্কাম ভাবতা তৌরবদি মহুদগী অন্ত করণ (মন) শেংদুনা মহু মোক্ষগী সাধন ওই। মরম অসিনা নহাক্না ফল পামদ্রবদি লান অসিবু নিষ্কাম ভাবতা মোক্ষগীদমক তৌ, মহুদগী নঙোন্দা পাপ অমত্ত লাক্লোই। অদুগা মোক্ষগীদমক মহু করম্না তৌবা হৌনৈ হায়বহু হৌজিক অস্মুন্না তাকপীরি—

সুখদুঃখে সমে কৃত্বা লাভালাভৌ জয়াজয়ৌ।
ততো যুদ্ধায় যুজ্যস্ব নৈবং পাপমবাপ্স্যসি ॥ ৩৮ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা :**— সুখদুঃখে=নুংঙাইবা অমস্থং অরাবা, লাভালাভৌ=নুংঙাইবা অরাবগী মরম ওইরিবা ফংবা অমস্থং ফংদবা, জয়াজয়ৌ=মখোয় অনী অসিগীস্থ মরম ওইরিবা মায় পাকপা অমস্থং মায়থিবা (লান ওম্ব অমস্থং ওমদবা), সমে কৃত্বা=মখোয় অনী অনীশিং অসিবু চপ মান্নবা তৌদুনা (য়েংদুনা), যুদ্ধায় যুজ্যস্ব=লান তৌননবগীদমক হোৎনরো, তত এবং=মহুদগী অস্মুন্না লান তৌরিবা নহাক্না, ন পাপং অবাপ্স্যসি=অহল লমন্নচিংবা হাংপগী পাপ ফংলোই ॥ ৩৮ ॥

**অপুনবা অর্থ :**— অরাবা নুংঙাইবা, ফংব ফংদবা অমস্থং লান ওম্ব ওমদবা— মখোয় অনী অনী চৎপশিংসিবু চপ মান্নবা তৌদুনা (য়েংদুনা) লান তৌনবগীদমক হোৎনরো (শেম শারো), মহুদগী অস্মুন্না লান তৌরিবা নহাক্না অহল লমন হাংপগী পাপ ফংলোই ॥ ৩৮ ॥

## অথূপ্পা বা

অব্রা নু ঙাই, অফ, ফ,দ অমস্তু, অঙম ঙমদববু চপ মান্নবা তৌবা হে,বসিদি ওইথোক্কবনি মঙমদি অনী অনীসি অমনা অমদগী ওন্ন তৈনবনি ওন্ন তৈনবা পোং অনীবু চপ মান্নবা তৌবা অমস্তু, য়ে,বসিদি কন্নানস্তু ঙম্মোই। মরম অসিনা ভগবান্না অস্তুম্না তাকপগী ভাবতি অসিনি নু,ঙাইবা ক,বা মতমদা মহুদা হন্নাওবা উত্তূনা পুক্নী, নু,ঙাইবা তৌগনু অহ্গা অব্রাবা লাকপা মতমদা মহ পামদদূনা পুক্নী, নু,ঙাইতবা তৌগনু মতৌ অহ্মা অফ, ফ,দ অমস্তু, অঙম ঙমদ লাকপা মতমদা পুক্নী, নু,ঙাইবা অমস্তু, নু,ঙাইতবা তৌগনু মখোযসি দ্বন্দনি (অমনা অনবু থাদোক্তনা লোয়নবা লৈরিবনি) অমগী মতু,দা অমা শোয়দনা লাক্কনি। মরম অসিনা মতম পুম্নমক্তা হন্নাওবা হন্নাওদবা ঊত্তনা পুক্নী, অমত্ত ওইনা থম্নবা হোংনৌ, অহ্গা তৌরিবা অমস্তু, ফ,লিবা পুম্নমকপু ঈশ্বরগী ইচ্ছাগী মতু, ইনবনি খন্দূনা মঙোন্দা কংথোকউ মহ্দগী পুক্নী, শে,গংলক্কনি পাপ অমত্ত ওইরোই ॥৩৮॥

মতৌ অস্তুম্না ভগবান্না অর্জ্জুনবু জ্ঞানগী সাধন ওইবা নিষ্কাম কর্ম্মযোগগী উপদেশ পীগে হায়বগীদমক বাং,ৌদোক ওইনা মসিবু হায়রগা ং,ৌজিক নিষ্কাম কর্ম্মযোগ অহ্বু শমন্দপ্না তাক্কবগীদমক অস্তুম্না হায়বা হৌই—

এষা তেঽভিহিতা সাংখ্যেবুদ্ধির্যোগে ত্বিমাং শৃণু।
বুদ্ধ্যা যুক্তো যযা পার্থ কর্ম্মবন্ধং প্রহাস্যসি ॥ ৩৯ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — সাংখ্যে=উপনিষংশি,না তাকলিবা অনীশুবা লৈতবা ব্রহ্মগী মশক ওইবা আত্মতত্ত্বগী মরমদা (আত্মতত্ত্ববু খঙননবা), এষা বুদ্ধি=জ্ঞান অসিদি, তে অভিহিতা=ন,গীদমক হায়খ্রে যোগে তু=কর্ম্মযোগগী মরমদদি (কর্ম্মযোগবু খঙননবদি), ইমাং শৃণু=হায়গদৌরিবা জ্ঞান অসিবু তাও, পার্থ=পৃথা কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন! যয়া বুদ্ধ্যা যুক্ত =বুদ্ধি অহ্ লৈরবদি নহাক্না কর্ম্মবন্ধং=কর্ম্মগী মশক ওইবা অপুনববু প্রহাস্যসি=মাঙহনবা ঙমগনি ॥ ৩৯ ॥

**অপূনবা অর্থ** — উপনিষংশি না তাকপা ব্রহ্মগী মশক ওইবা আত্মতত্ত্ববু খঙননবা জ্ঞান অসিদি ন,গীদমক অহানবদা হাযখ্রে হৌজিক কর্ম্মযোগবু খঙননবা জ্ঞান অসিবু তাও, জ্ঞান অহ্ লৈরবদি নহাক্না কর্ম্মগী মশক ওইবা অপুনববু মাঙহনবা ঙমগনি ॥ ৩৯ ॥

## অথুপ্পা বা

শ্লোক অসিদা আত্মতত্ত্বগী অর্থদা সাংখ্যশব্দবু ভগবান্না শীজিন্নরি। সাংখ্যশব্দ অসি সংখ্যাশব্দদগী ওইরকপনি। ব্যবহারদা চংনবগী মতু, ইল্লবদি সংখ্যাগী অর্থ মশী, হায়বনি অহ্বু মফম অসিদদি সংখ্যাগী অর্থ মশী, নত্তে। সংখ্যাশব্দ অসি "সম" উপসর্গ মথক্তা হাপ্লগা "খ্যা প্রকথনে" থাতুদগী শাবনি, মসিগী অর্থদি—"নী,থিনা তশে,না হায়বা" তাকপনি। মরম অসিদগী অমরকোষদস্তু

মসিগী অর্থ অস্থুম্না ইরি— **"চর্চ্চা সংখ্যা বিচারণা"** "নৈনবা অমস্থু বিচার"— সংখ্যাগী অর্থনি। মতৌ অস্থুম্না **"সম—সম্যক্ খ্যাযতে=কথ্যতে আত্মতত্ত্বং অনযা ইতি সংখ্যা=উপনিষৎ"— "মহুনা আত্মতত্ত্ববু নীংথিনা তাক্লিবা** অদুবু সংখ্যা কৌই হায়বদি উপনিষৎকী মমিং সংখ্যানি, অহুগা **"যযা এব সংখ্যযা প্রাধান্যেন প্রতিপাদ্যতে যঃ স° সাংখ্য"** —সংখ্যা (উপনিষৎ) অহুনা অথোইবা ওইনা তাক্লিবা অহু সাংখ্যনি=হায়বদি **অনীশুবা** পোৎ লৈতবা অশেংবা ব্রহ্মগী মশক ওইবা আত্মতত্ত্ব সাংখ্য শব্দগী অর্থনি। শ্রুতিদা সংখ্যাবু পরা বিদ্যা হায়নস্থু কৌই— **"পরা যযা তদক্ষরমধিগম্যতে"** (মু উ ১।৫)। অসিগুম্না সাংখ্য আত্মতত্ত্বগী মরমদা ভগবান্না **"ন জাযতে ম্রিযতে বা কদাচিৎ"** (২।২০) অসিনচিংবনা তাক্নুনা অর্জ্জুনবু খঙহনপ্রে। হায়রিবা সাংখ্য অসি কপিল ঋষিগী সাংখ্যহু নত্তে মহুদি মসিদগী অতোপ্পা অমনি, মহাক্কী সাংখ্যদি মশীং লৌদুনা তত্ত্বশিংবু তাকপনি— **"সম্যক্ খ্যানং সংখ্যাক্রমবৈশিষ্ট্যেনেতি সাংখ্যম্"** মশীং মথং-মনাও নাইনা নী থিনা তাকপা অহু সাংখ্যনি। কপিলনা মাগী সাংখ্যদর্শনদা তত্ত্ব ২৫ তাকই, মহুদা ঈশ্বরবুস্থু য়াদে হায়বদি ঈশ্বরগী মরমদা করিমত্তস্থু ইদে, পুরুষ শব্দগী অর্থ ওইবা জীবশিংস্থু অশেংবা মওঙ ওইনা ময়ামনি অহুগা প্রকৃতিস্থু মনীংতম্না অতোপ্পা পোৎ অমনি। মরম অসিনা মাগী (কপিলগী) সাংখ্য, উপনিষৎনা তাকপা অনীশুবা পোৎ লৈতবা অশেংবা ব্রহ্মগী মশক ওইবা আত্মতত্ত্ব নত্তে।

অসিগুম্না অনীশুবা পোৎ অনত্ত লৈতবা ব্রহ্মগী মশক ওইবা আত্মতত্ত্বগী জ্ঞানসিবু অন্তঃকরণ শেংদবা (মনদা পাপ য়াম্না লৈবা) মীনা ফংবা ঙমদে। মরম অসিনা মন শেংদোক্নবগীদমক মহুদা লৈবা পাপশিংবু মাঙহন্নবা নিষ্কাম কর্ম্মযোগনি। শ্রুতিনস্থু অস্থুম্না হায়রি— **"ধর্ম্মেণ পাপমপনুদতি"** (তৈ আ ১।৬৩।৭) নিষ্কামকর্ম্ম ওইবা ধর্ম্মনা পাপ মাঙই। সকামকর্ম্মদগীদি পাপ মাঙদে। মরমদি সকামকর্ম্ম মাগী ফল অহু পীরগা অতোপ্পা অমা তৌবা ঙমদে। নিষ্কাম কর্ম্মদি ফলগীদমক তৌদবা মরমদগী মাগী ফল ওইনা পাপ মাঙই। পাপ মাঙবদগী অন্তঃকরণ শেংহুনা মহুদা আত্মজ্ঞান পোকই। মসিদগী ভগবান্না কর্ম্ম তৌবদা নিষ্কামভাব লৈরবদি কর্ম্মগী বন্ধনদগী নাম্বোকপা ঙমগনি হায়না অর্জ্জুনবু তাক্লিবনি ॥৩৯॥

মসিদা অর্জ্জুন্না চিংনহুনা অস্থুম্না হংই— নিষ্কামকর্ম্ম তৌবা মতমদা অতোপ্পা ফল অমা পাম দ্রবস্থু মহুদগী পাপ মাঙহুনা আত্মজ্ঞান ফংবসিদি শোয়দনা পাম্বা তাই। অহুগা আত্মজ্ঞান ফংবা পাম্বা অহুস্থু কামনা (নীংবা) অমনি। অসিগুম্না কামনা অসি লৈরবদি— **"তদ্যথেহ কর্ম্মচিতো লোকঃ ক্ষীযতে এবমেবা মুত্র পুণ্যচিতো লোকঃ ক্ষীযতে"** (ছা উ ৮।১।৬)— "সংসার অসিদা ব্যবহারগী মতমদা থবক তৌহুনা তানশিল্লিবা শেল থুম্নচিংবা মহৈ চাদুনা মাঙবগুম্না পরলোকস্থু পুণ্য তৌহুনা তানশিল্লগা ফংবা মহৈহুস্থু চাদুনা মাঙই" হায়না তাকপা মতুং ইম্না পাপ মাঙননবা তৌরিবা পুণ্যকর্ম্মশিংহুগী পাপ মাঙবগী মশক ওইবা মহৈস্থু মাঙবা য়াই। মরম অসিনা মহুদগী আত্মজ্ঞান ফংই হায়বসি করম্না য়াগনি ? মসিগী পাউখুম ভগবান্না অস্থুম্না পীরি—

**নেহাঽভিক্রমনাশোঽস্তি প্রত্যবায়ো ন বিদ্যতে।**
**স্বল্পমপ্যস্য ধর্ম্মস্য ত্রায়তে মহতো ভয়াৎ ॥ ৪ ॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — ইহ=নিষ্কামকর্ম্মযোগসিদা অভিক্রমনাশ =কর্ম্ম তৌরগা হৌগৎলিবা (ফংগদৌরিবা) মহৈ অহৃগী মাঙবা, ন অস্তি=লৈতে প্রত্যবায় =অহৃগা কর্ম্ম তৌবা মতমদা খরা শোয় ভাম্বা থোক্লবস্তু মহৃদগী ওইগদবা পাপ ন বিদ্যতে=লৈতে অস্যধর্ম্মস্য=মরম অসিনা ভুমজবগী মতুংইন্না তৌজরিবা নিষ্কামকর্ম্ম ওইবা ধর্ম্মসিগী, স্বল্পং অপি=খজিক্কং, ফাওবস্থু মহত ভয়াৎ=সংসারগী যান্না চাউবা অকিবা অসিদগী, ত্রায়তে=তৌজরিবা মীহুবু লাম্থোকহল্লি। ॥ ৪ ॥

**অপূনবা অর্থ**ঃ—নিষ্কামকর্ম্মযোগসিদা কর্ম্ম তৌরগা ফংগদৌরিবা মহৈহৃগী মাঙবা লৈতে অহৃগা তৌরিবা কর্ম্মহৃদা খরা শোয় ভাম্বা থোক্লবস্তু মহৃদগী ওইগদবা পাপ লৈতে। মরম অসিনা ভুমজবগী মতুং ইন্না তৌজরিবা নিষ্কামকর্ম্ম ওইবা ধর্ম্মসিগী খজিক্কং ফাওবস্থু তৌজরিবা মীবু সংসারগী যান্না চাউবা অকিবসিদগী নাম্থোকহল্লি। ॥ ৪ ॥

**অথুপ্পা বা**

সকামকর্ম্ম অমস্থং নিষ্কামকর্ম্মগী মহৈ ফংবদা চাংদম্নবা য়াদে। সকামকর্ম্মগী মহৈ কর্ম্ম তৌনা তৌনা মতম অহৃদা যংবা য়াদে, পুন্সিদা ফংলোইদবা মহৈ পুম্নমক শিরবা মতুংদা অতোপ্পা লোকতা ফংগদবনি। মরম অসিনা মফম অহৃদা মহৈ চারবা মতুংদা মহৈ অহৃ শোয়দনা মাঙখিগনি। অহৃগা নিষ্কামকর্ম্মগী ফলদি হৌজিক তৌনা তৌনা পাপ মাঙবা ওইনা ফংগনি অমস্থং মহৃদগী অন্তকরণ শে।নি। মসিদগী ভগবান্না নিষ্কামকর্ম্মগী মহৈ মাঙবা লৈতে তাকলিবনি। অহৃগা "তদ্যথেহ" অসিনচিংবা শ্রুতিনা হায়রিবা অহৃদি সূপ্না সকামকর্ম্মগী মহৈবুনি, কর্ম্মগী মশক্কী মরমদা হায়বা নত্তে। ভাবনা খেন্নবদগী কর্ম্মগী মহৈ ফংবদা খেন্নবনি কর্ম্মগী মওঙদা খেন্নবা নত্তে হায়বসি অহানবদা হায়খ্রে। মরম অসিনা স্থরেশ্বরাচার্য্যনস্থ বৃহদারণ্যক উপনিষংকী ভাষ্যতার্ত্তিকতা অস্থুম্না হায়রি—

**তদ্যথেহেতি যা নিন্দা সা ফলে ন তু কর্ম্মণি।**
**ফলে কামস্ত পবিত্যজ্য কৃতং কর্ম্ম বিশুদ্ধিকৃৎ॥**

**"তদ্যথেহ কর্ম্মচিতঃ**— অসিনচিংবা শ্রুতিদা নিন্দা তৌরিবা অসিদি মহৈগী শরক্তনি, কর্ম্মদা নত্তে। সকামকর্ম্ম অহুমকপু মহৈ পাম্বা থাদোক্তুনা তৌরবদি মহৃ অন্তকরণ শেংনবা ওই।"

মসিদ নত্তনা সকাম কর্ম্ম তৌবা মতমদা শাস্ত্রনা তাকপা বিধিবিধান কায়বা য়াদে, মহৃ কায়রবদি অফবা মহৈ ফংবগী মহুত্তা পাপ ফংগনি, অহৃগা নিষ্কামকর্ম্মবুদি বিধানগী মতুং ইন্না

তৌবা ঙমত্ত্রবস্থ শ্রদ্ধা অমস্থ, ভক্তিগা লোয়ননা ঈশ্বরবু পেন্নবা তৌবা মরমদগী তৌরিবা মী অহৃদা করিগুম্বা পাপ অমত্ত শাক্তে, মানা হান্না তৌখিবা পাপ অহৃতা মাঙগনি। মরম অসিদগী ভগবান্না "প্রত্যবাযো ন বিদ্যতে" অস্থম্না তাকপনি। মতৌ অস্থম্না মোক্ষগী লম্বীদা চৎননবগীদমক নিষ্কামকর্ম্ম তৌবা মরমদগী মহ্ খরদ'দা তৌরবস্থ লেমনা মাঙদে, অহৃগা পোকপা-শিবা নাইবা সংসারগী অৱা অনাবী অকিবদগী মীনা লাম্থোকপা ঙম্মী হায়না ভগবান্না তাকপসিদা করিমত্ত চিংনফম লৈতে ॥ ৪ ॥

নিষ্কামকম্মযোগগী বুদ্ধি লৈবা মীনা কর্ম্মবন্ধনদগী ( কর্ম্মনা পুনবদগী ) নাম্থোকপা ঙম্মী হায়বসি ৩৯শুবা শ্লোকতা ভগবান্না তাকপ্রে, হৌজিক বুদ্ধি অহৃগী মওঙ করিনো হায়না চিংনরবদা মহৃগী মশক তাক্লগা মহ্ লৈতবা মীনা কদোৗঙদস্থ সংসারদগী লাম্থোকপা ঙমদে তাকলি—

ব্যবসাযাত্মিকা বুদ্ধি রেকেহ কুরুনন্দন।
বহুশাখা হ্যনন্তাশ্চ বুদ্ধযোঽব্যবসাযিনাম্ ॥ ৪১॥

**অৱয ব্যাখ্যা।**— কুরুনন্দন = কুরু শাগেবু মুংঙাইবা পীরিবা হে অর্জুন! ইহ = মোক্ষগীদমক চৎলিবা নিষ্কামকর্ম্মযোগগী লম্বীসিদা, ব্যবসায়াত্মিকা = আত্মতত্ত্ববু খঙদুনা পরমাত্মাবু ফংবদনা অথোই বনি, মসি নত্তবা পূমমক অরেম্বনি হায়না লেপ্পা একা এব বুদ্ধি = বুদ্ধি অমখক্ত লৈ অব্যবসাযিনাম = অসিগুম্বা ৱাখল লৈতদুনা সংসাবগী পোৎশিংবু পাম্বা মী শিংগীদি, বহুশাখা বুদ্ধয় = মশা মরে, য়াম্না লৈবা ( মখল মখা অয়াম্বা পোৎশিংবু পাম্বা ) লেপ্তবা বুদ্ধি যাম্না লৈ, অনন্তা চহি = অহৃগা মখোয় ( বুদ্ধিশিং ) অহ্ মশী লাকঙমদে হায়বসি ফাওরিবনি ॥ ৪১ ॥

**অপুনবা অর্থ** —হে অর্জুন! মোক্ষগীদমক চৎলিবা কর্ম্মযোগগী লম্বীসিদা পরমাত্মাবু ফংবদনা অথোইবনি, মসি নত্তবা পূমমক অরেম্বনি হায়না লেপ্পা বুদ্ধি অমখক্ত লৈ অহৃগা ৱাখল অসি লৈতহনা সংসারগী পোৎশিংবু পাম্বা মী শিংগীদি মশা-মরে যাম্না লোঙবা লেপ্তবা বুদ্ধি য়াম্না লৈ, অসিগুম্বা বুদ্ধিশিংহ্ মশী লাকঙমদে হায়বসি সংসারদা ফাওরিবনি ॥ ৪১ ॥

অথুপ্পা বা

মনো হি দ্বিবিধং প্রোক্তং শুদ্ধং চাশুদ্ধমেব চ ॥
অশুদ্ধং কামসংকল্পং শুদ্ধং কামবিবর্জিতম ॥
( ব্রহ্মবিন্দু )

"মন অসি শেংবা অমস্থ শেংদবা খেন্নবদগী অনীথোক্লা থায়রি। মহৃদা, শেংদবা মনসিদি সাংসারিক পোৎশিংবু পাম্বা অমস্থ মখোয়বু ফংনবা লেপ্পা অসিনচিংবা তৌহনা লৈ, অহৃগা অশেংবা মনদি সাংসারিক পোৎশিংগী অপাম্বা থাদোক্লনা লৈ।"

অস্থম্না তাকপসিগী মতুং ইন্না মোক্ষ ফংনবগীদমক কর্ম্ম তৌনিংবা মী শিংনা সাংসারিক পোৎশিংগী অপাম্বা থাদোক্লনা মনসিবু নীংথিনা শেংদোক্লবগীদমক ঈশ্বরদা কথোক্লনা কর্ম্ম পূমমক শ্রদ্ধা অমস্থ

ভক্তিগা লোয়ননা তৌহ্না লৈ মখোয়গী বুদ্ধি অহ্ লেঙদে অরেপ্পা ওইনা মহ্দা থিংজিন্দুনা লৈ। অসিগুম্বা বুদ্ধিসি নিষ্কাম কর্ম্মযোগগী বুদ্ধিনি মসিদগী আত্মতত্ত্বগী অশেংবা জ্ঞান ফংহ্না মখোয়হ্ কর্ম্মবন্ধনদগী লায়না নাম্থোক্তুনা মোক্ষ ফংবা ঙম্মী। অহ্গা সাংসারিক অপাম্বা পো শিংবু ফ নীংহ্না মখোয়বু ফংগে হায়না লেপ্তু না (খন্দূনা) লৈরিবা মন দদি পোংশিংহ্গী মতুং ইন্না মথল মথা অয়াম্বা লেপ্তবা বুদ্ধিশিং চংথোক চংশিন তৌহ্না লৈ মহ্দগী কর্ম্মবন্ধনদগী নাম্থোকপা ঙমদহ্না অসিগুম্বা মী শিংনা পোকপা শিবা নাইবা স সারগী অৱা অনা ফংহ্না লৈবসি শোয়দবনি। ৪১।

সংসারগী পোংশিংবু পামহ্না লৈরিবা মী শিংহ্দা করি মরমদগী কর্ম্মযোগগী অরেপ্পা বুদ্ধিসি লাক্লিবনো হায়না চিংনরবদা মসিগী পাউখুমবু ভগবান্না মথাগী শ্লোক অহুমদা পীরি—

যামিমাং পুষ্পিতাং বাচং প্রবদন্ত্যবিপশ্চিত  
বেদবাদরতা পার্থ নান্যদস্তীতি বাদিন ॥ ৪২ ॥  
কামাত্মান স্বর্গপরা জন্মকর্ম্মফলপ্রদাম্।  
ক্রিযাবিশেষবহুলাং ভোগৈশ্বর্য্যগতিং প্রতি ॥ ৪৩ ॥  
ভোগৈশ্বর্য্যপ্রসক্তানাং তাহপহৃতচেতসাম্  
ব্যবসাযাত্মিকাবুদ্ধিং সমাধৌ ন বিধীযতে। ৪৪।

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — পার্থ=পৃথা কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন। বেদবাদরতা =কর্ম্মকাণ্ডগী বেদনা তাক্লিবা কর্ম্মশিং মখোয়গী সাধন অমস্তুং মহৈশিংদা পূক্নীং চঙহ্না লৈরিবা ন অন্যং অস্তি ইতি বাদিন =কর্ম্ম কর্ম্মগী সাধন অমস্তুং মহৈ অহুম অসিদগী অতোপ্পা অমা লৈতে য়রিবা অবিপশ্চিত =বেদগী তাৎপর্য্যবু নীংথিনা খঙদবা, স্বর্গপরা =স্বগ ফংবমক্তবু মখোযগী অথোইবা পুরুষার্থনি (মুপা থোকপা মথৌনি) খল্লিবা কামাত্মান =অহ্গা অপাম্বা পোং ফংননবা নী বদা মখোযগী স্বভাব ওইবা মী শিংনা (বেদগী উপাসনাকাণ্ড অমস্তুং জ্ঞানকাণ্ডবু থাদোক্লগা সূপ্না) ভোগৈশ্বর্য্যগতিং প্রতি=সাংসারিক ভোগ্য ওইবা পোংশিং অমস্তুং মখোয়গী মপু ওইহ্না লৈবনচিংবা ঐশ্বর্য্যশিংবু ফংনবগী উপায় ওইবা ক্রিয়াবিশেষবহুলাং=যাগ নচিংবা মথল মথা অয়াম্বা কর্ম্মশিংবু মহ্দা তাক্লিবা জন্মকর্ম্মফলপ্রদা =পোকপনচিংবগী মশক ওইবা কর্ম্মফলশিংদবু পীবা ঙম্বা যাং ইমা =বেদগী কর্ম্মকাণ্ডদা লাক্লিবা, পুষ্পিতাং বাচং =যেংবদা যজবা মনম লৈতবা লৈ শাংলিবা অমস্তুং মহৈ য়ান্দবা উরীগী মতৌগুম্না তাবতদা নুংঙাইবা অমস্তুং ফজবগুম উরবস্তু অফব মহৈ য়ান্দবা কর্ম্মশিংবু তৌ তাক্লিবা ৱাহৈশিংবু প্রবদন্তি= াক শোন্দুনা লৈ (মসিদগী শেম্না অথোইবা অমা লৈতে হায)। তয়া=মতৌ অম্নুম্না কর্ম্মশিংবু থাগংলিবা ৱাহৈশিংনা অয়াম্বা ওইবা বেদগী ৱা অহ্না অপহৃতচেতসাং=মখোয়গী মনবু (পুক্নীংবু) হুহ্না লৈপ্রবা, ভোগৈশ্বর্য্যপ্রসক্তানাং=মরম অহ্নদগী ভোগ্য ওইবা পোংশিং অমস্তুং মখোয়গী মপু ওইহ্না লৈবনচিংবা ঐশ্বর্য্যশিংবু ম্বাম্না পাম্লিবা

মী-শিংহ্গী, সমাধৌ ( সমাধীয়তে আস্মিন পুরুষোপভোগায় সর্ব্বমিতি সমাধি , তস্মিন অন্তঃ করণে ) = জীবাত্মাগী উপভোগকীদমক মহুদা সংস্কার ওইনা পাপ-পুণ্য পুম্নমক তিন্নুনা লৈরিবা অন্তঃকরণদা ( মনদা ), ব্যবসায়াত্মিকা বুদ্ধি — লেঙদবা ( অমত্ত ওইবা ) অরেপ্পা বুদ্ধি, ন বিধীয়তে — লাকপা ঙমদে। ( নত্রগা—সমাধীয়তে অস্মিন সর্ব্বমিতি সমাধি পরমাত্মা, তস্মিন সমাধৌ — সংসায় পুম্নমক মহুদা চঙজহনা লৈরিবা পরমাত্মাগী মশক ওইবা সমাধিদা অমত্ত ওইবা অরেপ্পা বুদ্ধি লৈতে ) ॥ ৪২, ৪৩ ৪৪ ॥

অপুনবা অর্থ — হে অর্জুন। কর্ম্মকাণ্ডদগী বেদনা তাক্লিবা কর্ম্মশিং, মখোয়গী সাধন অমসুং মহৈশিংদা পুক্নীংদা থি জিন্দুনা থম্লিবা, মরম অহুদগী কর্ম্ম, কর্ম্মগী সাধন অমসুং কর্ম্ম-ফল অহুমসিদগী অতোপ্পা অমা লৈতে হায়বা সিদ্ধান্তবু য়ারিবা, মরম অসিনা বেদগী তাৎপর্য্যবু নীংথিনা খঙদবা স্বর্গ ফংবমক্তবু মখোয়গী নুপাথোকপা মথৌনি (পুরুষার্থনি) খল্লিবা অমসুং অপাম্বা পোৎশিং ফংনবা নীংবতা মখোয়গী স্বভাব ওইনা লৈরিবা মী-শিংনা ( বেদগী উপাসনাকাণ্ড অমসুং জ্ঞানকাণ্ডবু থাদোক্লগা সূপ্না ) ভোগ্য ওইবা পোৎশিং অমসুং মহুগী সাধন ঐশ্বর্য্যশিংবু ফংনবগী উপায় ওইবা যাগ নচিংবা মখল মখা অয়াম্বা কর্ম্মশিংবু মহুদা তাক্লিবা পোকপনচিংবগী মশক ওইবা কর্ম্মফলশিংদমু পীবা ঙম্বা বেদগী কর্ম্ম কাণ্ডদা লাকপা (তাকপা), অমসুং মনম মহৈ লৈতবা ফজবা লৈ শাৎপা উরীগুম্বা, তাবদা নুংঙাইবা নীংথিবা মহৈ য়ান্দবা কর্ম্মশিংবু তাক্লিবা য়াহৈশিংবু মসিদগী হেনবা অথোইবা লৈতে হায়দুনা শক শোন্দুনা লৈ। মতৌ অসুম্না কর্ম্মশিংবু থাগ লিবা বেদগী বা অহনা মখোয়গী মনবু হূদুনা লৈখ্রবা ভোগ অমসুং ঐশ্বর্য্যশিংবু য়াম্না পাম্লিবা মী শিংহুগী মনদা নত্রগা ঈশ্বরদা লেঙদনা লৈবা অরেপ্পা বুদ্ধি লৈতে ॥ ৪২, ৪৩, ৪৪ ॥

## অথুপ্পা বা

শ্লোক অহুম অসিদা ভগবান্না কর্ম্মমীমাংসক ( কর্ম্মগী মরমদা বিচার তৌবা ) মহর্ষি জৈমিনিগী মতুংইন্না চত্তুনা সকামকর্ম্ম তৌরগা স্বগ নচিংবা ফংনীংবা কর্ম্মকাণ্ডীশিংবু লৌদুনা মখোয়গী বা হায়রি। কামী ওইবা মী শিংগী সংসারসিদা অপাম্বা পোৎ মশীং নাইদনা লৈ পোৎশিংহুবু ফংনবা উপায় বেদগী কর্ম্মকাণ্ডদা শুগাইনা তাক্লি। মরম অসিনা কামী ওইবা কর্ম্মকাণ্ডীশিংনা ভোগ্য ওইবা পোৎশিংহুবু ফংনবগীদমক মখোয়বু ফংনবা উপায় কর্ম্মশিংহুবু তৌহুনা লৈ , অহুগা অপাম্বা পোৎ য়াম্না লৈবা মরমদগী মখোয়না ঙসি অমা ফংলবসু হয়েং অতোপ্পা অমবু ফংনীংই। মতৌ অসুম্না মখোয়গী বুদ্ধি অহু করিগুম্বা পোৎ অমদা লেঙদনা লৈতানা লৈতে অমসুং অরেপ্পসু লৈতে। হায়রিবা কর্ম্মমীমাংসকশিংগী মীৎয়েংদা স্বর্গ ফংবসি থ্বায়দগী অথোইবনি, স্বগ নত্তবা মোক্ষ লৈতে, স্বগ ফংবসি মখোয়গী সিদ্ধান্তদা মোক্ষনি। মখোয়না অসুম্না হায়রি—"অপাম সোমমমৃতা অভূম" ( ঋগ ৮/৪৮/৩ )— "সোম যাগদা ঐখোয়না সোমরস থক্কনি অমসুং মহুদগী

ঐখোয়না পোকপা শিবা নাইদবা লাই ওইহ্নুনা লৈগনি।" **"তস্মৈ সোমায হবিষা বিধেম"** (ঋগ্ ৮। ৪৮। ১২)— "সোম অহ্নুগীদমক ঐখোয়না হোম তৌগনি।" **"দক্ষিণাবন্তো অমৃতং ভজন্তে"** (ঋগ্ ১। ১২৫। ৬)— "যজ্ঞদা দক্ষিণা যাম্না পীবা মী শিং অমৃত (লাই) ওইবা ফংই।" **"নাকস্য পৃষ্ঠে অধিতিষ্ঠতি শ্রিতো যঃ পৃণাতি স হ দেবেষু গচ্ছতি"** (ঋগ ১। ১২৫। ১২)— "যজ্ঞদা লাইশিংবু হোম পীদুনা পেলহল্লিবা মী অহ্নু স্বর্গগী নক্ষন্দা (মথক্তা) মপু ওইহ্নুনা লৈ, অহ্নুগা মতাক দেবতাশিংদা তিল্লী।"

মসিনি সকাম কর্ম্ম তৌহ্নুনা লৈবা কর্ম্মকাণ্ডীশিংগী সিদ্ধান্ত। অহ্নুগা মখোয়না স্বর্গ করিনো হায়বসিস্মু অস্মুম্না তাকলি—

> যন্ন দুঃখেন সম্ভিন্নং ন চ গ্রস্তমনন্তরম্।
> অভিলাযোপণীতঞ্চ তৎ সুখং স্বঃপদাস্পদম্॥

"অৱাবগা লোয়ননা করিমত্ত তিন্নদবা, মতুংদস্মু অৱাবনা উমদবা (ফাদুনা যোংশিন্দবা) অমস্মুং নীংবমক্তদা ফংবা অহ্নুগুম্বা নুংঙাইবা (পেনবা) অহ্নু স্বর্গগী অর্থনি।"

অসিগুম্বা নুংঙাইবা অসি ঐখোয়গী মত্ত্যলোকসিদা ফংবা যাদবা মরমদগী মহ্নু ফংনবা মফম অহ্নুবুস্মু স্বর্গ কৌই। মসিবুস্মু মীমাংসাদর্শনগী ভাষ্যগী টীকাদা বার্ত্তিককার কুমারিলভট্টনা অস্মুম্না ইরি **"যা প্রীতির্নিরতিশযা অনুভবিতব্যা, সা চ উষ্ণশীতাদিদ্বন্দ্ববহিতে দেশে শক্যা অনুভবিতুম। তস্মিংশ্চ দেশে মুহূর্ত্তশতভাগোঽপি দ্বন্দ্বৈর্ন মচ্যতে। তস্মান্নিরতিশযপ্রীত্যনুভবায কল্পো বিশিষ্টো দেশঃ॥"** "স্বর্গগী অর্থ ওইবা খ্বাযদগী অথোইবা নুংঙাইবা (পেনবা) অহ্নু পুক্নীংনা অনুভব তৌগদবনি (শংশঙনা খংগদবনি) মহ্নুগী অনুভব তৌবা অহ্নুদি অঙ্গং অশানচিংবা দ্বন্দ্ব লৈতবা মফমদদা ওইবা ঙমগনি। ঐখোয়গী মত্ত্যলোক অসিদদি মুহূর্ত্ত অমগী শক্কক চামা থোক্লা খায়রগা শক্কক অমগী মতম ফাওবা দ্বন্দ্বশিংসি লৈতবা য়াওদে। মরম অসিনা ঙমখৈ লৈতবা নুংঙাইবসিবু অনুভব তৌনবা মফম অমা শোয়দনা যাবা তাই মফম অহ্নু স্বর্গনি।

অহ্নুবু কর্ম্ম তৌহ্নুনা স্বর্গ সিবু ফংলিবা পুণ্যশালী জীবশিংমুস্মু চপ মান্ননা নুংঙাইনা পেন্না লৈতে, মখোয় পুম্নমক অথোই অহেন নাইনা লৈ। মরমদি মখোয়না তৌখিবা কর্ম্মশিংহ্নু চপ মান্নদে, কর্ম্মদা অথোই অহেন নাইবগী মতুং ইন্না মহৈদস্মু অথোই অহেন নাইবা মযেক্লি। বেদদা স্বর্গ ফংনবগীদমক অগ্নিহোত্র, দর্শপূর্ণমাসযাগ, অশ্বমেধ, বাজপেয়, বিশ্বজিৎ, সোমযাগ অসিনচিংবা মশীং নাইদনা কর্ম্মশিংবু তাক্লি। মখোয় অসি অপীক অচৌ নাই, মহ্নুগী মতুং ইন্না মহৈস্মু শোয়দনা অচৌ অপীক নাইগনি। মরম অসিনা তৈত্তিরীযসংহিতাগী ভাষ্যভূমিকাদা সায়নাচার্য্যনা অস্মুম্না ইরি—**"উচ্চাবচকর্ম্মণামেকবিধফলাঽসম্ভবাৎ স্বর্গো বহুবিধঃ।"** অচৌ অপীক নাইবা কর্ম্মশিংগী অমত্ত ওইবা ফল ওইবা য়াদবা মরম্না স্বর্গ (স্বর্গদা ফংগদবা নুংঙাইবা) অহ্নুস্মু শোয়দনা অথোই অহেন নাইহ্নুনা ময়াম ওইগনি।" ফলদা অথোই অহেন নাইবসিদি ঐখোয়না পৃথীবিসিদস্মু

তশেংনা উরি। পৃথিবীসিগী করিগুম্বা মফম অমদা লাক্লুনা লৈরিবা মী ময়াম অহ্ চপ মান্নবা মুংঙাইনা লৈতে অমসুং চপ মান্নবা ৱানা লৈতে, মখোয়না তৌখিবা কর্ম্মশিংগী মতুং ইন্না মখোয়না অৱা মু ঙাই খেননা লৈ। মতৌ অসুম্না স্বগ দসু স্বগ ফংবা মী-শিংনা নুংঙাইবা খেন্নবা লৈ হায়বসি শোয়দনা য়াফম থোকই।

মসিদ নত্তনা স্বর্গগী নুংঙাইবহ্ মতম খরা কুইনা লৈরবসু নিত্য ওইনা মতম পুম্নমক্তা লৈ হায়বা য়াদে, কর্ম্মগী ফল অনিত্যনি হায়বসি শোযদবনি। মরমদি ফল অহ্ কর্ম্ম তৌগ্রিঙৈগী মমাঙদা লৈরমদে, কর্ম্মহ্ তৌরবা মতুংদা পোক্লকই, পোক্লবদি মাঙবসু শোয়দবনি। মসিদগী শ্রুতিনা— "তদ্ যথেহ কর্ম্মচিতো লোকঃ ক্ষীযতে, এবমেবাহমুত্র পুণ্যচিতো লোক ক্ষীযতে" হায়না তাকলিবনি।

মতৌ অসুম্না কম্মগী ফল অনিত্য ওইবা মরমদগী ভগবান ভাষ্যকার শ্রীশঙ্করাচার্য্যজীনা উপনিষৎ, গীতানচিংবগী ভাষ্য ইবা মতমদা মরক মরক্তা হন্না হন্না জ্ঞান অমসুং কম্ম সমুচ্চয় ওইনা (অমত্ত ওইনা তিন্নহ্না) মোক্ষগী সাধন নত্তে হায়বসি যুক্তিগা লোয়ননা তাকলি। মমাঙদৈদা ভাষ্যকার শ্রীশঙ্করাচার্য্যদগীসু হান্না ভর্তৃপ্রপঞ্চ কৌবা ব্রহ্মাদ্বৈতবাদী (ব্রহ্ম নত্তনা অতোপ্পা পোৎ লৈতে হায়বা উপনিষৎকী সিদ্ধান্তবু য়াবা) আচার্য্য অমা লৈখি (লৈরম্মী)। মহাক্না উপনিষৎ, গীতা অমসু ব্রহ্মসূত্র (বেদান্তদর্শন) অহুম অসিগী "বৃত্তি" (শব্দোকপা টীকা) ইখিরম্মী, মহ্দা জ্ঞান অমসুং কর্ম্ম সমুচ্চয ওইনা (অমত্ত ওইনা তিন্নহ্না) মোক্ষগী সাধননি হায়না তাকখি। মহ্ লৌরবদি মোক্ষ অনিত্য সিদ্ধ ওই, অহ্নবু মোক্ষসিদি আত্মাগী অশেংবা শকফম ব্রহ্মমক ওইবা মরমদগী অনিত্যনি হায়বা য়াদে। মরম অসিদগী ভাষ্যকারনা (শ্রীশঙ্করাচার্য্যনা) জ্ঞান-কর্ম্ম সমুচ্চয়বাদ অসিবু হান্না ককথৎলম্মী। জ্ঞানগা লোয়ননা কর্ম্মযুসু মোক্ষগী সাধন য়ারবদি মোক্ষগী মশক ওইবা আত্মাগী অশেংবা মওঙ অহ্ অহানবদা লৈরমদে, মতুংদা সাধন অনী অসি তৌরগা লৈরকই হায়বা তাই। অহানবদা লৈরমদবা মরম্না পোকপা নাইবদগী আত্মাগী মশক অহ্ অমুক শোয়দনা মাঙগনি। মতৌ অসুম্না য়ারবদি আত্মা অনিত্য ওইবা তাই, অহ্নবু আত্মা অনিত্যনি হায়বসি কনাগুম্বা আস্তিক দার্শনিক অমতনা য়াদে। মরম অসিনা অজ্ঞাননা মরম ওইহ্না ভ্রম ওইবদগী আত্মাগী মশক খঙদবা বন্ধনি (সংসারদা পুন্দুনা লৈবনি) অহ্নগা জ্ঞাননা অজ্ঞান মাঙখিহ্না ভ্রম চংথোকপ্রবা মতমদা আত্মানা মশাগী মশক ফোঙদোক্লুনা লৈবা মোক্ষনি হায়বসি শোয়দনা য়াগদবনি আত্মাগী অশেংবা মশক অহানবদা লৈরমদে হায়বা য়াদে। থৌরী মকক অমদা থৌরী মকক অহ্নগী অজ্ঞান্দগী ভ্রম ওইহ্না লিল উবা মতমদা থৌরী মকক অহ্নগী মশক মাঙদুনা লৈ, অহ্নগা থৌরী মকক অহ্নগী জ্ঞান ওইবা মতমদা মহ্নগী মশক অমুক হন্না লাকই হায়বা য়াদে। থৌরী মকক অহ্নগী মশক অহ্নদি ভ্রম ওইদ্রিঙৈগী মমাঙদা, ভ্রম ওইরিঙৈদা অমসুং জ্ঞান ওইরবা মতমদসু লেঙদনা লৈরিবনি, ভ্রম ওইরিঙৈগী মতমদা মাগী অশেংবা মশক ফোঙদোক্তে অহ্নগা জ্ঞান ওইবা

মতম্‌দা মাগী মশক ফোঙদোকই হায়বতনি মতৌ অস্মুম্না আত্মাগী মরমদস্মু খঙগদবনি। অজ্ঞাননা মরম ওইহনা ভ্রম ওইবা মতমদা থৌরী মকক লিল ওইনা লৈবগুম আত্মা অসিস্মু অরা-মুংঙাই ফংবগুম তৌহনা সংসারী ওইহনা লৈ অহুগা জ্ঞান ওইবা মতমদা থৌরী মকক মশাগী অশেংবা মশক্তা যোংদোক্লনা লৈবগুম আত্মাস্মু মশাগী অশেংবা মশক্তা ফোঙদোক্লনা লৈ অহুগা ফোঙদোক্লনা লৈরিবা শকফম অহুবু মোক্ষ কৌই।

অসিগুম্না মোক্ষসি ভ্রমগী মরম ওইরিবা অজ্ঞান মাঙলবতদা ওই অহুগা অজ্ঞানদি জ্ঞানদগী মাঙই, কর্ম্মদগী কদৌঊৈদস্মু মাঙবা যাদে। মরমদি কম্ম অজ্ঞানগী বিরোধী ( মহৈ মহৈ য়ানদবা ) নত্তে সূপ্না জ্ঞান অজ্ঞানগী বিরোধীনি। মরম অসিনা জ্ঞান অমস্মুং কম্ম অনী তিন্নরগা অজ্ঞান মাঙহল্লি হায়বা য়াদে। কম্মদি জ্ঞান পোক্লবা সাধননি, অজ্ঞান মাঙনবা সাধন (উপায়) নত্তে। খুদম ওইনা অমম্বা মাঙহনগে হায়বগীদমক মঙাল পোক্লবা মৈখেৎ খেৎলি, মৈখেৎ খেৎপা অহুদগী মঙাল পোক্লনা অমম্বা মাঙই, মহুদা মৈখেৎ খেৎপা কৌবা কম্ম অহু অমম্ববু মাঙহনবা ঙমদে অমস্মুং অমম্বা মাংনবগী সাধনস্মু নত্তে, মহুদি মঙাল পোক্লবা সাধননি অহুগা সূপ্না মঙাল অদূতা অমম্বা মাঙনবা সাধননি। মতৌ অহুম্না কম্মসিস্মু মঙালগী মশক ওইবা জ্ঞান পোক্লবা সাধননি অজ্ঞান মাঙনবা সাধন নত্তে, অজ্ঞানদি সূপ্না জ্ঞানদগী মাঙগনি। মরম অসিনা জ্ঞান অমস্মুং কর্ম্ম অনী তিন্নহনা অজ্ঞান মাঙহল্লগা মোক্ষ ওই হায়বসি অরেম্বা রানি।

কম্ম অহুস্মু নিষ্কামভাবতা তৌরবতদা অন্ত করণ শেংদোক্লনা মহুদা জ্ঞান পোকহনবা ঙমগনি। মরম অসিদগী অন্ত করণ শেংদোক্লবা নিষ্কামকর্ম্ম তৌ হায়না ভগবান্না তাকলিবনি। ঈশ্বরদা কৎথোক্লনা তৌবা কর্ম্মদা ফল পামদবা মরমদগী তৌরিবা মী অহুগী পুক্নীং অনী লোঙদে, অরেপ্পা বুদ্ধি ওইহনা লৈ মহনা মবম ওইহনা অন্ত করণ য়াম্না থুনা শেংহনা মহুদা শোয়দনা অশেংবা আত্মজ্ঞান পোক্লনি হায়বসি মফম অসিদা ভগবানগী অভিপ্রায়নি সকামকর্ম্ম তৌবদদি হায়রিবা অসি কদৌঊৈদস্মু ওইবা য়াদে। অহুগা মঙাগুবা অধ্যাযদা "সাংখ্যযোগৌ পৃথগ বালাঃ প্রবদন্তি ন পণ্ডিতা (৫/৪) জ্ঞানযোগ অমস্মুং কর্ম্মযোগ অনীসিবু অপঙবা মী শিংনা তোপ্না-তোপ্না হায অশিংবা মী শিংদি হায়দে" অসিনচিংবা হায়রিবা অহুস্মু কর্ম্মযোগবু থাগৎনবনি। কর্ম্মযোগ নীংথিনা তৌরবদি মহুদগী জ্ঞান পোকপা থীন্দে, মরম অসিনা অনীসিবু অমত্তনি হায়বনি, অশেংবদি কর্ম্মযোগ জ্ঞানযোগগী সাধননি। কৈবল্য মোক্ষদি সূপ্না জ্ঞানদগী ওই হায়বসিদি— জ্ঞানাদেব তু কৈবল্যম্" অসিনচিংবা প্রমাণশিংদগী সিদ্ধ ওই। মরম অসিনা অধ্যায় অসিদস্মু ৪৯ শুবা শ্লোকতা —"দূরেণ হ্যবরং কর্ম্ম বুদ্ধিযোগাদ্ধনঞ্জয়" অসিনচিংবা ভগবান্না হায়গনি॥ ৪২, ৪৩, ৪৪॥

মতৌ অস্মুম্না ফল পামহনা কর্ম্ম তৌরিবা মী-শিংগী অনী লোঙদবা অরেপ্পা বুদ্ধি লৈত্তে হায়বসি তাক্লগা মোক্ষ ফংনীংবা মী শিংনদি বেদগী কর্ম্মকাণ্ডদা হায়রিবা ফলশিং অহুদা মিহৌবা

তৌদনা কর্ম্মশিংহুবু তৌহুনা পুক্নী তপ্না লৈগদবনি, মহুতদা সংসারদগী লাম্থোকপা ঙমগনি হায়বসি হৌজিক ভগবান্না তাক্লি—

ত্রৈগুণ্যবিষয়া বেদা নিস্ত্রৈগুণ্যো ভবার্জ্জুন।
নির্দ্বন্দ্বো নিত্যসত্ত্বস্থো নির্যোগক্ষেম আত্মবান্॥ ৪৫।

**অন্বয় ব্যাখ্যা**ঃ— অর্জ্জুন=হে ধনঞ্জয়। বেদা =কর্ম্মকাণ্ডগী শরুক ওইবা বেদ পুম্নমক, ত্রৈগুণ্যবিষয়া=সত্ত্ব, রজ অমসুং তম গুণ অহুম অসিনা ওইবা সংসারসিবু বিষয় তৌবা ঙাক্তনি (সংসারগী পোৎ পাম্বা মীবু পোৎ অদু ফংনবা উপায় তাকপা ঙাক্তনি) নিস্ত্রৈগুণ্য ভব— মরম অসিনা মোক্ষ ফংনীংলবদি নহাক সংসারগী পোৎশিংবু পামগনু (নিষ্কাম ওইহুনা লৈযু), নিদ্বন্দ্ব ভব—অমগা অমগা তিন্নবা য়াদবা অপাম-পামদা পোৎশিংদা চপ মান্নবা বুদ্ধি তৌহুনা রাগ দ্বেষ থমগনু নিত্যসত্ত্বস্থ ভব= মতম পুম্নমক্তা সত্ত্বগুণদা লৈযু (বিবেক বৈরাগ্য শম-দম নচিংবা সাধন তৌহুনা লৈযু), নির্যোগক্ষেম ভব—ফংদবা সাংসারিক পোৎ ফংনবা অমসুং অফংবা পোৎ ঙাক্লনবসু পুক্নীং চঙনা হোৎনগনু (মনবু ফত্তবা লম্বীদা চিংশিনবা ঙম্বা পোৎ লৌশিনগনু লাক-লবসু মহু ঙাক্লবা হোৎনগনু, থাদোক্লবা হোৎনৌ), আত্মবান ভব=মনবু ফাজিন্দুনা পরমাত্মাদা থম্নবা হোৎনৌ, কদৌঙৈদসু ময়াই কাবা তৌগনু ।৪৫।

**অপূনবা অর্থ**ঃ— হে অর্জ্জুন! কর্ম্মকাণ্ডগী শরুক ওইবা বেদ পুম্নমক সংসারগী পোৎ পাম্বা মীবু মহু ফংনবা উপায় তাকপা ঙাক্তনি। মরম অসিনা মোক্ষ ফংনীংলবদি নহাক সংসারগী পোৎশিংহুবু পামগনু, অপাম-পামদা পোৎ অনীদা চপ মান্নবা বুদ্ধি তৌহুনা রাগ দ্বেষ তৌগনু মতম পুম্নমক্তা সত্ত্বগুণদা লৈযু ফংদবা সাংসারিক পোৎ ফংনবা অমসুং পোৎ ঙাক্লবসু হোৎনগনু, অদুগা মনবু ফাজিন্দুনা পরমাত্মাদা থম্নবা হোৎনৌ। (মহুদগী পরমাত্মা নহাক্নীদমক যোগক্ষেম শোয়দনা পুহুনা লৈগনি)॥ ৪৫॥

অথুপ্পা বা

শাস্ত্রনা তাকপা কর্ম্মশিংবু মখোয়গী ফল পাম্বা তৌদনা ঈশ্বরদা কৎথোক্তুনা তৌবা ব্যাবহারিক অফবা থবকশিংবু মথৌনি খন্দুনা নিয়ম কায়দনা তৌবা, অরা নুংঙাই, অঙৈং অশানচিংবা খাওহুনা করিগুম্বা পোৎ নত্রগা মী অমদা রাগ দ্বেষ থমদনবা হোৎনবা, মতম নাইনা ঈশ্বরগী অরাধনা অমসুং আত্মাচিন্তন তৌবা অহাঙবা মতমদা সৎসঙ্গ তৌহুনা নত্রগা অফবা লাইরিক পাহুনা লৈবা, পোৎ ফংবদা হরাওদবা অমসুং চংখিবদা নুংঙাইতবা তৌদবা অদুগা পুক্নীং ময়াই কাদনা অমত্ত ওইনা থম্বা মসি পুম্নমকসি মোক্ষগী সাধননি, আত্মাবু খঙনবা উপায়নি। মরমদি উপায় ওইনা হায়রিবা পুম্নমকসি আত্মাগী হৌনশা ওইবা মওংনি। মসিবু অথর্ব্ববেদনা অস্থুম্না তাকলি— "অকামো ধীরো অমৃতঃ স্বয়ং ভু রসেন তৃপ্তো ন কুতশ্চনোন। তমেব বিদ্বান্ন বিভায মৃত্যোবাত্মনং ধীবমজবং যুবানম্॥" (অথর্ব্ব ১০/৮/৪৪)— "হৌনশা

ওইনা আত্মাসি করিগুম্বা পোৎ অমগী অপাম্বা লৈতবনি, লেঙদনা মশাগী মশাক্তা লৈবনি, অমুতনি। ( পোকপা শিবা লৈতবনি ), মতোমতা ফোঙদোক্লুনা লৈবনি, মশাগী নুংঙাইবা ওইবা য়সনা পেন্দুনা লৈবনি, মঙোম্দা করিমত্ত ৱাংপা লৈতে। মরম অসিনা অসিগুম্বা লেঙদনা লৈবা অহল ওইদবা অমস্নুং মতম পুম্নমক্তা নহা ওইহনতা লৈবা আত্মাসিবু খঙবা মীনা শিবদগী কিদে।"

মরম অসিনা ব্যবহারগী মতমদা মীনা আত্মাদা অপাম পামদা, অরা নুংঙাইনচিংবা খঙনরিবসি অন্ত করণ উপাধিদগীনি। নিষ্কামকর্ম্ম তৌহনা অন্ত করণ উপাধি অসিবু শেংদোক্লবদি মহু পুম্নমক কোকখিহনা আত্মাগী অশেংবা মশক খঙবা ঙমগনি হায়বসি ভগবাম্না মফম অসিদা তাক্লিবনি ॥৪৫॥

মীনা কর্ম্ম তৌহনা ফংনীংলিবা নুংঙাইবা পুম্নমক অহু আত্মাসিদা হৌনশা ওইনা থম্না লৈ। মরম অসিনা ফল পামদনা কর্ম্ম পুম্নমকপু ঈশ্বরদা কৎথোক্লনা তৌরগা আত্মাসিবু খঙলবদি নুংঙাইবা পুম্নমক অহু মশাগী ওইনা ফংগনি হায়বসি ভগবাম্না হৌজিক দৃষ্টান্তগা লোয়ননা তাকলি—

যাবানর্থ উদপানে সর্ব্বতঃ সংপ্লুতোদকে।
তাবান্ সর্ব্বেষু বেদেষু ব্রাহ্মণস্য বিজানতঃ॥ ৪৬।

অন্বয় ব্যাখ্যা —উদপানে=অপীক অপীকপা পুখ্রীনচিংবা ঈশিং লৈবা মফমশিংদা, যাবান অর্থ —( ভবতি )=থক্লবা ঈশিং, ঈরুজনবা ঈশিং অসিনচিংবা খায়দূনা ঈশিংনা ফংগদবা কান্নবশিং তোপ্প তোপ্পা ওই, তাবান অর্থ —মতৌ অহুম্না তোপ্প তোপ্পা ঈশিংনা ফংগদবা কান্নবা পুম্নমক অহু পুন্না, সর্ব্বত সংপ্লুতোদকে—মায়কৈ মরিমক্তা পাক চাউনা লৈরিবা পাৎকী ঈশিংদা খায়দোকপা লৈতনা ফংই। খুদম অসিগুম্না— সর্ব্বেষু বেদেষু—বেদগী কর্ম্মকাণ্ডনা তাক্লিবা কাম্যকর্ম্মশিংদা, যাবান অর্থ =কর্ম্ম অমমমদগী তোপ্প তোপ্পা ফংগদবা নুংঙাইবশিং ওই, তাবান অর্থ =অহুগুম্বা নুংঙাইবশিং পুম্নমক অহু পুন্না বিজানত ব্রাহ্মনস্য ( ভবতি )—আত্মাবু ব্রহ্মগী মশক ওইনা তশেংনা খঙলিবা মী অহুগী ওই ॥ ৪৬ ॥

অপূনবা অর্থ — পুখ্রী মচানচিংবা অপীকপা ঈশিং লৈবা মফমশিংদা মসি থক্লনবনি, ঈরুজনবনি অসিনচিংবা খায়দূনা ঈশিংনা ফংগদবা কান্নবশিংহু তোপ্প তোপ্পা ওই মতৌ অহুগুম্না তোপ্প তোপ্পা ঈশিংনা ফংগদবা কান্নবা পুম্নমক অহু পুন্না য়াম্না পাক-চাউবা পাৎকী ঈশিংদা খায়দোকপা লৈতনা ফংই। খুদম অসিগুম্না— বেদগী কর্ম্মকাণ্ডদা তাক্লিবা কাম্যকর্ম্মশিংদা কর্ম্ম অমমমদগী তোপ্প তোপ্পা নুংঙাইবা ফংগদবা ওই, অহুগুম্বা নুংঙাইবশিং পুম্নমক অহু পুন্না আত্মাবু ব্রহ্মনি খঙলিবা মী অহুগী ওই। ৪৬।

### অথুপ্পা বা

উপাধি লৈত্রবা অশেংবা ব্রহ্মগী মশক ওইবা আত্মাগী নুংঙাইবা অহুদগী নুংঙাইবা থরদং লৌরগা অন্ত করণ উপাধি লৈবা থরায়পাম্বা জীবশিংনা মখোয়গী কর্ম্মগী মতুং ইম্না নুংঙাইবা

য়ৎলিবনি। মরম অসিনা মখোয়গী মুংঙাইবা পূম্নমক অদু ব্রহ্মগী মশক ওইবা আত্মাগী মুংঙাইবগী মনুং চনবা ঙাক্লেনি, মহুদগী মপানথোক্লা মুংঙাইবা অমত্ত লৈতে। মসিবু শ্রুতিনসু অসুম্না তাক্লি— "এতস্যৈবানন্দস্যান্যানি ভূতানি মাত্রামুপজীবন্তি" (বৃ উ ৪।৩।৩২)— "থরায় পান্দুনা লৈরিবা জীবশিংনা আত্মাগী মশক ওইবা মুংঙাইবসিগী শরুক খজিক্তং লৌরগা মহুনা মরম ওইদুনা হিং লিবনি।" মসিদা আত্মাগী মশক ওইবা মুংঙাইবদু শরুক (মচেং) খায়না লৈত্রবসু অন্ত করণ উপাধিদা মহুগী (অন্ত করণগী) গুণ দোষগী মতুং ইন্না অথোই-অহেন নাইনা ফোঙদোক্লুনা লৈববু শরুক খরা হায়রবনি মহুদি বিজলীগী বল্লতা মহুগী গুণ দোষগী মতুং-ইন্না অথোই অহেন নাইনা বিজলী ফোঙদোকপগুম্বনি। মতৌ অসুম্না তুমীং কাণ্ডদগী হৌদুনা ব্রহ্মা যাওবদা অথোই-অহেন নাইনা আত্মাগী মুংঙাইবা ফোঙদোকপসিবু বৃহদারণ্যকোপনিষৎ (৪।৩।৩৩) অমসুং তৈত্তিরী-য়োপনিষৎ ব্রহ্মবল্লী (৮।১—১১) ফাওবদা নীংথিনা তাকলি।

মরম অসিদগী ভগবান্না শ্লোকসিদা মী পূম্নমকপু খঙহনগে হায়বগীদমক অর্জ্জুনবু লৌদুনা তাক্লি— নিষ্কামকর্ম্ম তৌবদগী অন্ত করণ শেংলবা মীনা আত্মজ্ঞান ফংদুনা মথক্তা হায়রিবা আত্মাগী মশক ওইবা ব্রহ্মগী মুংঙাইবা ফংগনি অদুগা মহু ফংলবদি মহুগী মনুংদা সংসারদা সকামকর্ম্ম তৌবদগী ফংগদবা মুংঙাইবা খিবিক অদুসু লাক্লগনি। মরম অসিনা করিসু লৈতবা সংসারগী মুংঙাইবদু ফ নবা সকামকর্ম্ম তৌবা থাদোকউ নিষ্কামকর্ম্ম তৌদুনা জ্ঞান ফংনবা হোৎনরগা আত্মাগী ডমখৈ লৈতবা মুংঙাইবদু ফংউ। ৪৬।

আত্মজ্ঞান ফংলগা মুংঙাইবা ফংগনি হায়বসিদা মুংঙাইবা ফংনবা উপায় আত্মজ্ঞাননি হায়বসি খঙবা ডম্মী। মরম অসিনা অহান্নদগী হৌদুনা আত্মজ্ঞান ফংনবা শ্রবণ-মনন নচিংবা সাধনশিংবু তৌবনা চুম্মী য়াম্না অরাবা খাঙদুনা অহানবদা নিষ্কামকর্ম্ম তৌবসি করি কান্নগনি হায়না অর্জ্জুন্না চিংনরবদা অন্ত করণ শেংদনা শ্রবণ মনন নচিংবা তৌরগা আত্মজ্ঞান ফংবা য়াদে। মরম অসিনা অহানবদা অন্ত করণ শেংনবা সাধন নিষ্কামকর্ম্ম শোয়দনা তৌগদবনি হৌজিক নহাক্কী অন্ত করণ শেংদ্রি, অন্ত করণ শেংদোক্লবগীদমক নহাক্কী নিষ্কামকর্ম্মদা অধিকার লৈ, অদুগা কর্ম্মফলদা অধিকার লৈ ৎায়বসিদি খল্লুগনু তাক্লুনা ভগবান্না অসুম্না হায়রি—

কর্ম্মণ্যেবাধিকারস্তে মা ফলেষু কদাচন।
মা কর্ম্মফলহেতুর্ভূর্মা তে সঙ্গোঽস্ত্বকর্ম্মণি ॥ ৪৭॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা :—** তে=অন্ত করণ শেংদ্রিবা নহাক্কী, কর্ম্মনি এব—অন্ত করণবু শেংদোকপা ডম্না কর্ম্মমত্তা, অধিকার—"মসি ঐনা তৌকম থোকই" হায়বা বুদ্ধিসি লৈগদবনি, অদুগা কর্ম্ম তৌদুনা লৈরিবা নহাক্কী, কদাচন—করিগুম্বা মতমদসু, ফলেষু—তৌরিবা কর্ম্মশিংদুগী ফল (মহে) শিংদা, অধিকার মা (অস্ত)—"মসি ঐনা ফংকম থোকই" হায়বা বুদ্ধি থম্মোইদবনি। কর্ম্মফল হেতুঃ—কর্ম্মগী ফল ফংনবা মরম, মা ভূঃ—নহাক কদোংৈঙদসু ওইগনু (কর্ম্মগী ফল পান্নবতদা ফল

তৌনবা মরম ওই, ফল পামজবদি মহ্ ফংবা মরম ওইদে।— মরম—অসিনা নিষ্কামকর্ম্ম তৌ হায়বা য়াদি), অকর্ম্মণি—(অতুগা ফল পামজবদি কর্ম্ম তৌহনা করি কাম্যনি খন্দুনা) কর্ম্ম তৌদবদা, তে সঙ্গ মা অস্তু—নহাক্কী অপাম্বস্তু ওইগনু (মরমদি ঈশ্বরদা কংথোক্লুনা ফল পামদনা তৌরিবা কর্ম্ম অদুদগী অন্তঃকরণ শেংগনি) ॥ ৪৭ ॥

অপুনবা অর্থ :— অন্তঃকরণবু শেংদোকপা উন্বা কর্ম্মদা "মসি ঐনা তৌফম থোকই" হায়বা বুদ্ধিসি নহাক্কী লৈগদবনি। অতুগা করিগুম্বা মতমদসু তৌরিবা কর্ম্মশিংগী ফলশিংদা "মসি ঐনা ফংফম থোকই" হায়বা বুদ্ধিবুদি নহাক্না থম্মোইদবনি, নহাক কর্ম্মফল ফংনবা মরম ওইগনু অতুগা-কর্ম্ম তৌদবা পাম্বসু তৌগনু ॥ ৪৭ ॥

অথূপ্পা বা

শ্লোক অসিদা শ্রীভগবান্না মীওইবগী আগ্রকপ্যাগীদমক মমল নাইত্রবা য়া মরি তাক্লি য়া মরিসিবু লৌদুনা মীওইবনা কর্ম্মযোগ নীংথিনা তৌরবদি ইহলোক অমসুং পরলোক অনীমক্তা উমথৈ লৈতনা চাওখৎপা ফংগনি হায়কসিদা চিংনকম লৈত্তে য়া মরিহুদি অসিনি (১) কর্ম্ম তৌবদা মীওইবগী অধিকার, (২) তৌরিবা কর্ম্ম অতুগী ফল পামদবা, (৩) কর্ম্মগী ফল অদু লুংডাইবগী মরম ওইদবা অমসুং (৪) তন্দুনা কর্ম্ম তৌদনা তুমিন্না লৈতবা। মরিসিগী মনুংদো অহানবদা— "মসি ঐনা তৌফম থোকই" হায়বা বুদ্ধি থমহনা কর্ম্ম (থবক) অদুবু তৌবা মতীক চাবা মশাগী খণ্ডবসি অধিকারনি। অধিকারসি লৈবা মীনা কর্ম্মহ্ তৌবা উম্মী, নত্রবদি তৌবা উমদে। অধিকার লৈতনা (মতীক চাদনা) কর্ম্মহ্ তৌরবদি মহুগী ফল য়াম্না ফত্তে। মসিগী মরমদি— করিগুম্বা কর্ম্ম অমা তৌবদা মীওইবসি মনীং তম্লী, তৌনীংলবদি তৌবা যাই অতুগা তৌনীংত্রবদি তৌদবসু য়াই। মরম অসিনা অহানবদা থবক অহ্ তৌবদা "ঐ মতীক চাবরা নত্রগা মতীক চাদবরা" হায়বসিগী ময়মদা নীংথিনা বিচার তৌহনা য়েংগদবনি। মহ্দা মতীক চাবা তৌরবদি মহুগী ফলসু শোয়দনা মতীক চাবা অফবা ওইগনি, অতুগা করিগুম্বা মতীক চাদবা থবক তৌরবদি মহুগী ফল শোয়দনা মতীক চাদবা ফত্তবা ওইগনি। মরম অসিনা মী খুদিংমক্না মশাগী মতীক চাবা চাদবা য়েংলগা মতীক চাবা থবক্তা তৌনবা হোৎনগদবনি অদুগা মতীক চাদবা থবক্তি কদৌউদসু তৌরোইদবনি।

অনীশুবদা ফল পামদবনি। মতীক চাবা থবক তৌরবদি মহুগী মতীক চাবা ফলসু ফংই হায়বসি শোয়দবনি, ফল অহ্ হৌজিক ফংবসু য়াই নত্রগা মতুংদা ফংবসু য়াই হায়বসিদি অতোপ্পা য়ানি, তৌরিবা থবক্কী ফলদি শোয়দনা ফংগনি। মহুদা মীনা খজিকতং তৌরগা মহুগী ফল থোইদোক-হেন্দোক্না য়াম্না পাম্মী, হৌজিকমক ফংবা পাম্মী, অতুগা মহু ফংত্রবদি য়াম্না য়াম্না চেং। মসি পুমমকসি য়াথল লৈত্তবদগী ওইরিবনি। কর্ম্ম তৌবদা মনীং ভগ্যগুম্না ফল ফংবগী মনীং তৌবা য়াদে হায়বসি করিমত্ত বিচার তৌদে। ফল ফংনীংলগা ফংবা য়াবা অমসুং ফংদ্রগা

ফংদেবা য়াবা পোৎ নত্তে। ফলদি থবক তৌরিবা মীহুগী মখা পোল্দে+— মরম অসিনা মতীক চাবা থবক তৌরবস্মু মহুগী ফল পাম্বা মরমদগী মীনা ক্লানা লৈরিবনি, মুংঙাইবা ফংদ্রিবনি। অহুগা মতীক চাবা থবক অহু মথৌনি হায়না খন্দুনা ফল্র পামদনা চেকশিন্না তৌররদি মহুদগী মুংঙাইবত্তা ওই, অরাবা লাক্তে, পুক্নী মকালাম্না লৈবা ঙম্মী অহুগা মহুগী মতীক চাবা ফলস্মু শোয়দনা লাক্কনি। মরম অসিনা ফল পাম্বা থাদোক্নুনা মতীক চাবা থবকশিংবু মথৌনি খন্দুনা ব্যবহারগী থবক পূম্নমকপু তৌহুনা লৈগদবনি অহুগা পারমার্থিক ওইবা থবক্তশি দি ফল পামদবা মরম্না অন্ত করণবু শেংদোকহন্দূনা আত্মজ্ঞান ফংনবা সাধন ওইগনি।

অহুমশুবা— কর্ম্মফল অরা মুংঙাইগী মরম ওইদবনি। করিগুম্বা থবক (কর্ম্ম) অমা তৌবা মতমদা "ঐ থবকসিবু তৌবা মীনি (কর্ত্তানি) মসিগী ফলস্মু ঐনা ফংবনা চুম্মী" হায়বা রাখল তৌরবদি মী অহুগী কর্ম্মফল অরা-মুংঙাইগী মরম ওই। কর্ম্ম তৌবা মতমদা কর্ত্তা অমস্মুং ভোক্তাগী অভিমান (নাপল-চাউরথোকপা) তৌবসিদগী সংসারদা হন্না-হন্না পোকপা-শিবা নাইহুনা মীনা কর্ম্মফল অরা মুংঙাইগী মরম ওইহুনা লৈরিবনি। কর্ত্তা ভোক্তাগী নাপল অসি তৌদনা থবক পূম্নমক তৌহুনা লৈরগা থবকশিংহুগী ফল ফংবা ফংদবদা অরা-মুংঙাই থাদোক্রবদি মী অহু কর্ম্মফলগী মরম ওইদে মহাক কল্যাণগী লম্বীদা নীংথিনা চৎপা ঙম্মী।

মরিশুবদা— থবক তৌবদগী তন্দুনা তুমিন্না লৈতবনি। ফল পামদে হায়দূনা মতীক চাবা থবকপুস্মু তৌদনা তন্দুনা লৈথোকপা মী কদৌঙৈদস্মু সংসারসিদা চাওখৎপা ঙম্মোই অহুগা পরলোকুকীদমকস্ম করিমত্ত অফবা ফংবা ঙম্মোই। অতনবা মীগী দশা করি ওই হায়বসিদি মী পূম্নমক্লা খণ্ডনরিবনি। মরম অসিনা মী খুদিংমক্না মাগী মাগী মতীক চাবা থবক পূম্নমক তন্দনা মথৌ ওইনা শোয়দনা তৌফম থোকই। মস্মুম্না তৌহনা মীহনা পুক্নী শেংদোক্নুনা আত্মজ্ঞান ফংলগা সংসারগী অবাবদগী লাপ্থোকপা ঙম্মী হাযবসি ভগবান্না অর্জ্জুনবু তাকলিবনি ॥ ৪৭॥

মসিমকপু শুগাইনা তাক্নুনা ভগবান্না অমুক হন্না অস্মুম্না হায়রি—

যোগস্থ কুরু কর্ম্মাণি সঙ্গং ত্যক্ত্বা ধনঞ্জয়।
সিদ্ধ্যসিদ্ধ্যোঃ সমো ভূত্বা সমত্বং যোগ উচ্যতে ॥ ৪৮ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— ধনঞ্জয়=হে অর্জ্জুন। যোগস্থ (সন)—নহাক যোগদা লৈহুনা (ফল ফংবা ফংদবদা পুক্নী অমত্ত ওইনা লৈহুনা) সঙ্গং ত্যক্ত্বা—থবক পূম্নমক ঈশ্বরদা কৎথোক্নুনা ফলগী অপাম্বা থাদোক্লগা অমস্মুং ঈশ্বরদা কংলী হায়বা অভিমান অসিবুস্মু তৌদনা, সিদ্ধ্যসিদ্ধ্যো =অহুগা কর্ম্মগী মহৈ য়ানবা য়ান্দবা অনীসিদস্মু, সম ভূত্বা—অমত্ত ওইনা লেংহুনা (ফল ফংবা-ফংদবদা অরা মুংঙাই য়াওদনা), কর্ম্মাণি কুরু—বেদনচিংবা শাস্ত্রশিংদা তাকপা অমস্মুং ব্যবহারদা চংনবা কর্ম্ম পূম্নমকপু তৌ, সমত্বং যোগঃ উচ্যতে—মরমদি মহৈ য়ানবা য়ান্দবদা অরা মুংঙাই থাদোক্নুনা পূকচেল অমত্ত ওইনা লৈববু যোগনি হায়রি। ৪৮॥

**অপুনবা অর্থ**:— হে অর্জ্জুন। নহাক যোগদা লৈদুনা কর্ম্মফলগী অপাম্বা পূম্নমক থাদোক্লগা অমস্তু, কর্ম্মগী মহৈ য়ানবা য়াব্দবদা অমত্ত ওইনা য়েংদুনা অরা-মুংঙাই য়াওদনা (লৈতনা) কর্ম্মশিংবু তৌ মরমদি মহৈ যানবা য়াব্দবদা অরা-মুংঙাই থাদোক্লনা পৃকচেল অমত্ত ওইনা লৈববু যোগনি হায়নৈ ॥ ৪৮ ॥

অথূপ্পা বা

মসিদা **"সমত্বং যোগ উচ্যতে"** হায়দুনা সমত্ব যোগদা লৈবগা কর্ম্ম তৌ ফলগী অপাম্বা তৌগনু হায়বসি ভগবান্না তাক্লি অদুগা মতুংদা **"নির্দোষং হি সমংব্রহ্ম"** (গী ৫/১৯) "করিগুম্বা দোষ অমত্ত লৈতবা অমস্তু, পোং পূম্নমক্কী অধিষ্ঠান (চঙজফম) ওইদুনা মখোয় পূম্নমক্কা সম ওইনা হায়বদি চপ মান্ননা অমত্ত ওইনা লৈবা ব্রহ্মনি" হায়গনি। মরম অসিনা সমভাবতা লৈবসি (মহৈ ফংবা ফংদবদা পুক্নী, অমত্ত ওইনা লৈবসি) পরব্রহ্মদা লৈবনি। মসিবু মফম অসিদা **"যোগস্থ"** হায়রিবনি। অসিগুম্বা পরব্রহ্মসি ঐগী ঈশক্তি লেপ্পুনা মদুদগী অতোপ্পা অমা লৈতবদগী সংসারগী পোংশিংদা অপাম মিত্তৌ তৌগনু সূপ্পা সমব্রহ্মবু ঐমক্তি হায়না নীংথিনা শংশঙনা থঙনবগীদমক নিষ্কামকর্ম্ম তৌদুনা লৈয়ু হায়বসি ভগবানগী অভিপ্রায়নি ॥ ৪৮ ॥

হৌজিক সকামকর্ম্মগী নিন্দা তৌরগা আত্মজ্ঞানগীদমক তৌরিবা নিষ্কামকর্ম্মবু থাগত্তুনা ভগবান্না হায়রি —

দূরেণ হ্যবরং কর্ম্ম বুদ্ধিযোগাদ্ধনঞ্জয়।
বুদ্ধৌ শরণমন্বিচ্ছ কৃপণা ফল হেতব ॥ ৪৯ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — ধনঞ্জয়=হে অর্জ্জুন! বুদ্ধি যোগাৎ হি=আত্মজ্ঞান ফংনবগীদমক তৌরিবা নিষ্কামকর্ম্মদগী লেপ্পমক, কর্ম্ম=সকামকর্ম্মসি (ফল পামদুনা তৌরিবা কর্ম্মসি), দূরেণ অবরং= পোকপা শিবা নাইবগী মরম ওইবদগী য়াম্না (হেন্না) ফত্তবা অমনি, বুদ্ধৌ=মরম অসিনা জ্ঞান যোগদা, শরণং অন্বিচ্ছ=চঙজফম ফংনবগীদমক মদুগী সাধন নিষ্কামকর্ম্ম তৌবা পামউ, ফলহেতব = মরমদি ফল পামদুনা মদুগী মরম ওইদুনা লৈবা মী শিং, কৃপণা =য়াম্না তোল্লী ॥ ৪৯ ॥

**অপুনবা অর্থ**.— হে অর্জ্জুন! আত্মজ্ঞান ফংনবগীদমক তৌরিবা নিষ্কামকর্ম্মদগী সকামকর্ম্মসি পোকপা শিবা নাইবা সংসারগী মরম ওইবা মরমদগী লেপ্পমক য়াম্না (হেন্না) ফত্তবা অমনি। মরম অসিনা জ্ঞানযোগদা চঙজফম ফংনবগীদমক মদুগী সাধন নিষ্কামকর্ম্ম তৌবা পামউ, মরমদি ফল পামদুনা মদুগী মরম ওইনা লৈবা মী শিং য়াম্না তোল্লী ॥ ৪৯ ॥

অথূপ্পা বা

মীওইবনা চংনবা সকামকর্ম্মগী লম্বী অমস্তু, নিষ্কামকর্ম্মগী লম্বী খেম্নবা লম্বী অরীখক মাঙদা লৈ। লম্বী অনীসিগী মনুংদা মী অদুনা সকামকর্ম্মগী লম্বীদা চংলবদি মহাক পোকপা শিরা

নাইবা সংসোরসিদা হন্ন হন্না পোত্তুম্না অৱা-মুংঙাই ফংহনা লৈগনি, অহুগা নিষ্কামকর্ম্মগী লম্বীদা চংলবদি মহুদগী আত্মজ্ঞান ফংহনা মতম পূম্নমক্তা অৱাবা পুম্নমক থাদোক্লগা মুংঙাইবগী শক্তমতদা লৈগনি। মৱম অসিনা নচিকেতাগী মকমদা যমরাজনস্থ অস্থুম্না তাক্লি— "অন্যচ্ছ্রেয়োঽন্যদুতৈব প্রেয়স্তে উভে নানার্থে পুরুষং সিনীত। তয়োঃ শ্রেয়ঃ আদদানস্য সাধু ভবতি হীয়তেঽর্থাদ্ য উ প্রেয়ো বৃণীতে॥ (কঠ উ ২/১)— মোক্ষগীদমক আত্মজ্ঞান ফংনবা নিষ্কামকর্ম্মগী লম্বী অমনি, অহুগা মহুদগী অতোপ্পা স্বর্গনচিংবা ফংনবা সকামকর্ম্মগী লম্বী অমনি। অতোপ অতোপ্পা ফল পীনহৈবা লম্বী অনীসিনা মীওইববু মখোয়দা চংহন্নবগীদমক চিংশিল্লগা পুন্দুনা থম্মী। মহুদা মোক্ষগীদমক আত্মজ্ঞান ফংনবগী লম্বীদা চংপা মীগীদি অফবা ফল ওই, অহুগা স্বর্গনচিংবা ফংনবা সকামকর্ম্মগী লম্বীদা চংপা মীদি মোক্ষ ওইবা অথোইবা ফল ফংবা ঙমদে।"

মতৌ অস্থুম্না মুণ্ডকোপনিষত্তস্থ সকামকর্ম্মগী নিন্দা অস্থুম্না তৌরি— প্লবা হ্যেতে অদৃঢা যজ্ঞরূপা অষ্টাদশোক্তমবরং যেষু কর্ম্ম। এতচ্ছ্রেয়ো যেঽভিনন্দন্তি মূঢা জরামৃত্যুং তে পুনরেবাপি যন্তি।" (মু উ ১/২/৭) — "যজ্ঞ তৌহনা লৈরিবা মখোয় তৱানিপানসি য়াম্না শোনবা হি-নী, মখোয়গীদমক শাস্ত্রনা স্বর্গনচিংবগী সাধন ওইবা ফত্তবা সকামকর্ম্মসিবু তাক্লিবনি। মসিবু মোক্ষগী সাধননি খন্দুনা থাগৎলগা নুংঙাইনা লৈবা মী শিং অহুদি মতম খরদং স্বর্গ-নচিংবদা লৈরগা অমুক হন্না পোকপা শিবা নাইবা (পোক্ল শিৱা তৌবা) সংসারদা লাক্কুনা অৱা-অনা ফংই।"

অচৌ-অচৌবা সকামকর্ম্মগী মশক ওইবা যজ্ঞশিংবু তৌবদা ঋত্বিক্ তৱাতরুক, যজমান অমস্থং, যজমানগী মুপী পুম্না তৱানিপানসি চঙই। তৱানিপানসিনা যজ্ঞগী মওঙ শেমগত্তুনা মহু তৌবা মৱমদগী মখোয়বু যজ্ঞরূপ হায়রিবনি। যজমানবু যজ্ঞ তৌহল্লিবা ব্রাহ্মণ তৱাতরুকপু ঋত্বিক্ কৌই। মখোয়সিস্থ যজ্ঞদা বেদ মরিগী অতোপ-অতোপ্পা থবক (কর্ম্ম) তৌবা মৱমদগী মরি মরিনা কাঙবু অমমম শাহনা কাঙবু মরিথোক্লা খায়রি। কাঙবু অমমমগী মকোক ওইনা লৈরিবা ব্রাহ্মণ মরিবু অধ্বর্যু, হোতা, উদগাতা অমস্থং ব্রহ্মা কৌই। অধ্বর্যু যজ্ঞদা যজুর্ব্বেদগী মরী লৈনবা কর্ম্ম পুম্নমকপু যজুর্ব্বেদগী মন্ত্রশিং শোন্দুনা তৌই মহুদা মাগী মতেং পাংনবা প্রতি প্রস্থাতা, নেষ্টা অমস্থং উন্নেতা কৌবা ঋত্বিক্ ব্রাহ্মণ অহুম লৈ। হোতা=ঋগ্‌বেদগী মরী লৈনবা কর্ম্ম পুম্নমকপু ঋগ মন্ত্রশিং শোন্দুনা তৌই মাগীস্থ মতেং প্যাংনবা মৈত্রাবরুণ, অচ্ছাবাক্ অমস্থং গ্রাবস্তুৎ কৌবা ঋত্বিক্ অহুম লৈ। উদ্‌গাতা— যজ্ঞদা সামবেদগী মন্ত্রশিংবু ঈশৈ ওইনা শক্তুনা দেবতাশিংবু পেন্নবা স্তুতিনচিংবা তৌই, মাগীস্থ মতেং পাংনবা প্রস্তোতা, প্রতিহর্ত্তা অমস্থং সুব্রহ্মণ্য কৌবা ঋত্বিক্ অহুমখক লৈ। ব্রহ্মাদি চতুর্ব্বেদীয়নি। (বেদ মরিবু খঙবা অমস্থং মখোয়দা তাকলিবা কর্ম্মশিংবুস্থ নীংথিনা অনুষ্ঠান তৌবা ঙম্বা ওইগদবনি)। মৱম অসিনা "নিরুক্ত" দা

যাস্কাচার্য্যনা ব্রহ্মাগী মরমদা অস্মুম্না ইরি —“ব্রহ্মৈকো জাতে জাতে বিদ্যাং বদতি, ব্রহ্মা সর্ব্ববিৎ, য সর্ব্বং বেদিতুমর্হতি” — “ব্রহ্মা কৌবা ঋত্বিক অমনা যজ্ঞদা মতম মতমদা তৌবা হৌনবা কর্ম্ম পুম্নমকপু করম্না তৌগদগে তাক্কুনা তৌহল্লী ব্রহ্মাদি বেদ মন্নিবু মী৲থিন্না খঙবা ব্রাহ্মণ ওইগদবনি মরমদি তৌরিবা যজ্ঞহুদা করিগুম্বা কর্ম্মদা শোয় ঙাম্বা থোক্লবদি মহৃদগী ওইগদবা পাপ কোক্লবা প্রায়শ্চিত্ত কর্ম্ম অথর্ব্ব বেদগী মতু৲ ইম্না তৌহল্লী। মরম অসিনা মহাক পূম্নমক খঙগদবনি।’

ব্রহ্মাসি ঋত্বিক্‌শিং৲গী প্রধান আচার্য্যনি, মহাক তৃমিম্না ফমদূনা কর্ম্ম পুম্নমকপু পুক্নী৲ চঙনা য়েং৲হুনা লৈ, মাগী বেদদি অথর্ব্বনি যজ্ঞদা অশোয় অঙাম কোক্লবা অথর্ব্ববেদগী মন্ত্রশিং৲ লৌদূনা মহাক্না কর্ম্ম তৌই, মাগীস্মু মতে৲ পাং৲নবা ব্রাহ্মণচ্ছং৲সী, আগ্নীধ অমস্মু৲ পোতা কৌবা ঋত্বিক্ অহুম লৈ। মতৌ অস্মুম্না ঋত্বিক্ তরাতরুক, যজমান অমস্মু৲ মাগী নুপী তরানিপানসি মর্ত্ত্যলোকতগী দেবলোক চংনবা সাধন — হি মচা অমনি, সং৲সার সমুদ্রবু লাম্হোকপা ঙম্বা অচৌবা হি (জহাজ) নত্তে, মহৃদস্মু মখোয় তরানিপানহুনা তৌরিবা যজ্ঞহুদা করিগুম্বা শোয ঙামখিবা থোক্লবদি মহুনা যজমানবু দেবলোক য়ৌহনবা ঙমদে। মরম অসিনা মহ্ য়াম্না শোনবা হিনী। মসিদ নত্তনা মখোয়না স্বর্গ ফং৲বদবু অথোইবা পুরুষার্থনি খল্লী, মহৃদগী অথোইবা পুরুষার্থ মোক্ষ লৈ হায়বসি য়ানী৲দহুনা মহুতবু থাগত্ত্৲না লৈ। মরম অসিদগী সকামকর্ম্মগী নিন্দা তৌহুনা ভগবান্না ফলগী মরম ওইহুনা (ফল পামহুনা) সকামকর্ম্ম তৌবা মী শিং৲ য়াম্না তোল্লী (কৃপণ ওই) হায়না তাকলিবনি।

যাজ্ঞবল্ক্যনস্মু গার্গীবু অস্মুম্না হায়রি— “যো বা এতদক্ষরং গার্গ্যবিদিত্বাঽস্মাল্লোকাৎ প্রৈতি স কৃপণঃ॥” (বৃ উ ৩।৮।১)— “হে গার্গী! মী অহুনা মাঙবা লৈতনা লেঙদনা লৈবা আত্মতত্ত্বগী মশক ওইবা ব্রহ্মবু খঙদনা হকচাং৲সিবু থাদোক্কুনা চংগ্রবদি (শিগ্রবদি) মহাক কৃপণনি (য়াম্না তোনগ্রবা জীবনি)।”

ব্যবহারদা শেল লুমদা য়াম্না লীকপা (কৃপণ ওইবা) মী শিং৲না কন্না নোমদূনা লল তানশিল্লগা মহৃদগী মশাগী খজিক্ত৲ নুং৲ঙাইবদূদা পাম্বা মরম্না দান-নচিং৲বা ধর্ম্ম-কর্ম্ম তৌহুনা অচৌবা অথোইবা নুং৲ঙাইবা ফং৲বদূবু থাদোক্লগা মশামকপু নমথাক তৌহুনা লৈ। মতৌ অস্মুম্না য়াম্না য়াম্না সকাম কর্ম্মশিং৲বু তৌহুনা করিস্মু লৈতবা ফল পাম্বা মরমদগী ঙমখৈ লৈতবা নুং৲ঙাইবা ফংবদগী, মশাবু নমথাক তৌহুনা থম্বা অহৃদগী মখোয়বু য়াম্না লীকপা (কৃপণ ওইবা) মীনি হায়রিবনি। কৃপণ ওইহুনা লৈরবদি সংসারগী অরা অনা ফংবসি শোয়দবনি, কৃপণ ওইবা থাদোক্কুনা আত্মজ্ঞানগীদমক নিষ্কামকর্ম্ম তৌরবদি অরাবা য়ান্দবা লেঙদবা নুং৲ঙাইবা ফংগনি হায়বসি ভগবান্না তাকলি ॥ ৪ ॥

মতৌ অস্মুম্না আত্মজ্ঞান ফং৲দবা মী শিং৲গী দোষ তাক্লগা হৌজিক আত্মজ্ঞান ফংবা মী শিংগী গুণবু ভগবান্না তাকলি—

বুদ্ধিযুক্তো জহাতীহ উভে সুকৃতদুষ্কৃতে ।
তস্মাদ যোগায যুজ্যস্ব যোগঃ কর্ম্মসু কৌশলম্ ॥ ৫০ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যাঃ—** বুদ্ধিযুক্ত =সমত্ববুদ্ধি তৌহুনা ( ফল ফংবা ফংদবদা পুকচেল অমত্ত ওইনা থমহুনা ) নিষ্কামকর্ম্ম তৌরগা আত্মজ্ঞান ফংলবা মীনা, ইহ=মপোক অসিদা হিংন হিংনমক, উভে সুকৃতদুষ্কৃতে=মমাংঙৈদা তৌখিবা অমসুং তৌরক্কদবা পাপ-পুণ্য অনীমকপু, জহাতি=থাদোকই, তস্মাৎ=মরম অহুদগী, যোগায যুজ্যস্ব=আত্মজ্ঞান ফংনবা নিষ্কামকর্ম্মযোগ তৌনবগীদমক পুক্নীং চঙনা হোৎনৌ , কর্ম্মসু কৌশলং যোগ =মরমদি কর্ম্ম তৌবদা হৈ শিংবসি কর্ম্মযোগনি ॥ ৫০ ॥

**অপূনবা অর্থ °—** সমত্ববুদ্ধি তৌহুনা নিষ্কামকর্ম্ম তৌরগা আত্মজ্ঞান ফংবা মীনা মপোক অসিমক্তদা হিংন হিংনা পাপ পুণ্য অনীমকপু থাদোকই , মরম অহুদগী আত্মজ্ঞান ফংনবা নিষ্কামকর্ম্ম তৌনবা পুক্নীং চঙনা হোৎনৌ, মরমদি কর্ম্ম তৌবদা হৈ হৈশিংবসি কর্ম্মযোগনি ॥ ৫০ ॥

**অথুপ্পা বা**

শ্লোকসিদা ভগবাননা আত্মজ্ঞান ফংলবা মীনা পাপতা নত্তনা পুণ্য ফাওবা থাদোকই তাকলি। মসিগী মরমদি আত্মজ্ঞান ফংলবা মতুংদা পুণ্য লৈহৌরবদি মহুগী ফল ফংনবা জ্ঞানী অহু অমুক হন্না শোয়দনা পোকপা তাই অহুবু আত্মজ্ঞান ফংলবা মীনা অমুক হন্না পোক্কে, মহাক কৈবল্য মোক্ষ ফংহুনা মতম পুম্নমক্তীদমক ব্রহ্মগী শক্তমদা লৈ হায়বসি শাস্ত্রগী সিদ্ধান্তনি। মরম অসিদগী জ্ঞানীনা মপোক অসিদা হিংন-হিংনা পাপ-পুণ্য অনীমকপু পুমথা থাদোকই তাকলিবনি। মসিবু বেদান্তদর্শনদসু অম্মুনা হায়রি— **"তদধিগম উত্তরপূর্ব্বাঘযোমশ্লেষবিনাশৌ তদ্ব্যপদেশাৎ"** ( বে দ ৪।১।১৩)— "তদধিগমে=আত্মাগী মশক ওইনা ব্রহ্মবু শংশঙমা খঙলবদা উত্তর পূর্ব্বাঘয়ো অশ্লেষবিনাশৌ=জীবন্মুক্ত ওইহুনা লৈরিঙৈগী মতমদা জ্ঞানীনা প্রারব্ধ কর্ম্মগী মতুং ইন্না করিগুম্বা পাপ তৌবা থোক্লবসু, মহু মঙোন্দা পক্কে ( শম্নদে ), অহুগা মানা অহানবদা তৌখিবা পাপ পুম্নমক্তি মাঙখি , মরমদি তদ্ব্যপদেশাৎ=শ্রুতিদা ( বেদদা ) মহুম তৌনা তাক্লি।" মহুদি— **"যথা পুষ্করপলাস আপো ন শ্লিষ্যন্ত এবমেবংবিদি পাপং কর্ম্ম ন শ্লিষ্যতে"** (ছা উ ৪।১৪।৩)— "ঈশিংদা লৈরবসু থম্বাপগী মনাদা ঈশিং পক্তবগুম্না ব্রহ্মবু মশামক্তি খঙবা জ্ঞানীদা পাপকর্ম্ম পক্কে।"

**"তদ্ যথেষীকাতূলমগ্নৌ প্রোতং প্রদূযেতৈবংহাস্য সর্ব্বে পাপ্মানঃ প্রদূযন্তে"** (ছা উ ৫।২৪।২৩) "ইষিকা কৌবা নাপীগী ( ভূরেল মপান্নচিংবদা হৌবা লাং-ই মখল অমগী ) তেরাগুম্বা মপাল (মফোন) অহু মৈগা শম্নবমক্তদা উং ওই , মহো অহুম্না জ্ঞানীগী অহানবদা তৌখিবা পাপ পুম্নমক জ্ঞানগী মশক ওইবা মৈনা চাক্লনা উং ওই।" **"ইতরস্যাপ্যেবমসংশ্লেষঃ পাতে তু"** (বে° দ° ৪।১।১৪)— "ইতরস্য অপি=জ্ঞানীগী অহানবদা তৌখিবা অমসুং জীবন্মুক্ত ওইহুনা লৈবা মতমদা তৌগদবা পুণ্যসু, এবং=পাপকী মতৌগুম্না, অসংশ্লেষ=জ্ঞানীদা পক্কে ( শম্নদে ),

পাতে ভু=অদুগা প্রারব্ধ কর্ম্ম লোইহনা হকচাং মাঙবমক্তদা মহাক ব্রহ্মগী মশক্তা লৈ।" মসিদুম্ শ্রুতিনা অম্মুম্না তাকলি— "উভেউ হৈবৈষ এতে তরতি" (বৃ উ° ৪।৪।২২)— "জ্ঞানী পাপ-পুণ্য অনীমক্তগী লাম্হোকই।" "ক্ষীয়ন্তে চাস্য কর্ম্মাণি" (মু উ ২।২।৮)— "জ্ঞানীগী পাপ পুণ্য কর্ম্ম পূম্নমক মাঙই।" অদুগা হৌজিক্কী মপোক অসিবু ফংহল্লিবা প্রারব্ধ পাপ পুণ্য কর্ম্মদি জ্ঞানদগী মাঙদে মদুদি লীকৎদগী নানথোকপ্রবা (কাপথোকপ্রবা) তেনগী মতৌগুম্না থিংবা ঙমদবা মরমদগী জ্ঞানীনস্ু শোয়দনা ভোগ তৌগদবনি হায়বসি তাক্লবগীদমক সূত্রকারনা অম্মুম্না হায়রি— "অনারব্ধ কার্য্যে এবতু পূর্ব্বে, তদবধে" (বে দ ৪।১।১৫)— জ্ঞানীগী পাপ পুণ্য মাঙই হায়রিবসি জ্ঞান ফংগ্রিঙৈগী মমাঙদা তৌখিবা অমস্ং হৌজিক ফাওবা ফল পীদ্রিবা অদুগুম্বা পাপ পুণ্যশিংনি, ফল পীবা হৌগৎলবা প্রারব্ধ পাপ পুণ্য কর্ম্মদি মাঙদে, মরমদি— তদবধে=মদুগী ঙমখৈ শ্রুতিনা অম্মুম্না হায়রি— "তস্য তাবদেব চিরং যাবন্ন বিমোক্ষেঽথ সম্পৎস্যে" (ছা উ ৬। ৪।২)— "প্রারব্ধ কর্ম্ম লোইদ্রিফাওবগী মতম অদুক্কী মখৈ জ্ঞানী ঙাইহনা লৈ, মদু লোইবমক্তদা ম°াক ব্রহ্মগা লোযননা অমত্ত ওই।" মরম অসিনা নিষ্কামকর্ম্ম তৌবদগী অন্ত করণ শেংহনা মদুদা জ্ঞান পোকপমক্তা জ্ঞানীগী পাপ পুণ্য অনীমক মাঙই।

অদুগা মক্কম অসিদা ভগবান্না কর্ম্ম তৌবদা হৈ শিংববু কর্ম্মযোগনি হায়বগী মরমস্ু অসিনি— কর্ম্মসি হৌনশা ওইনা পাপ পুণ্যগী ফল পীদূনা পোক্ল শিরা তৌবা সংসারগী মরম ওইহনা লৈ। অসিগুম্বা ফল পীনহৈবা কর্ম্মবু নিষ্কামভাবতা তৌরবদি মদু মাগী হৌনশা ওইবা পীদে মদুনা অন্তকরণ শেংদোকহন্দুনা মদুদা জ্ঞান পোক্লবা মতীক পোকহল্লী। মসি কর্ম্ম তৌবদা হৈ শিংবনি, মসিগী মমিং কর্ম্মযোগনি। মসিদগী জ্ঞান পোক্লুনা মপোক পীনহৈবা পাপ পুণ্য কর্ম্ম মাঙখিবদগী জ্ঞানী অমুক হন্না পোক্তে।৫০।

হৌজিক নিষ্কামকর্ম্ম তৌবদগী করম তৌনা মোক্ষ ফংই হায়বসি ভগবান্না অম্মুম্না তাকলি—

কর্ম্মজং বুদ্ধিযুক্তা হি ফলং ত্যক্ত্বা মনীষিণঃ।
জন্মবন্ধবিনির্মুক্তাঃ পদং গচ্ছন্ত্যনাময়ম্।৫১॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা**।— মনীষিণ =আত্মতত্ত্বগী মরমদা নীংথিনা বিচার তৌহনা লৈবা মী শিংনা কর্ম্মজং ফলং ত্যক্ত্বা=সমত্ব বুদ্ধি তৌহনা কর্ম্মদগী পোকপা ফলবু থাদোক্লুনা (পরমাত্মাদা কৎথোক্লুনা) নিষ্কামকর্ম্ম তৌরগা, বুদ্ধিযুক্তা =আত্মজ্ঞান ফংহনা, জন্মবন্ধবিনির্ম্মুক্তা =পোকপগী মশক ওইবা পুনবদগী নাম্হোক্লগা, অনাময়ং—অরা অনা অমত্ত লৈতবা, পদং=ফংবদা মতীক চাবা মুংঙাইবগী মশক ওইবা পরব্রহ্মবু গচ্ছন্তি হি—শোয়দনা ফংই।৫১।

**অপূনবা অর্থ**ঃ— আত্মতত্ত্বগী মরমদা বিচার তৌহনা লৈবা মী শিংনা সমত্বুদ্ধি তৌহনা কর্ম্মদগী পোকপা ফলবু পরমাত্মাদা কৎথোক্লুনা নিষ্কামকর্ম্ম তৌরগা আত্মজ্ঞান ফংহনা, পোক্লপগী মশক ওইবা পুনবদগী নাম্হোক্লনা অরা অনা লৈতবা ফংবদা মতীক চাবা মুংঙাইবগী মশক ওইবা পরব্রহ্মবু শোয়দনা ফংই।৫১।

মতৌ অসুম্না নিষ্কামকর্ম্ম তৌহ্নবা লৈবা ঐগী অন্ত করণ করম্বা মতমদা শেংগনি হায়না অর্জ্জুনা হংবা খোল্লবদি মহুদা অসুম্না পাউখুম পীরি—

যদা তে মোহকলিলং বুদ্ধির্ব্যতিতরিষ্যতি।
তদা গন্তাসি নির্ব্বেদং শ্রোতব্যস্য শ্রুতস্য চ ॥ ৫২॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—(অন্ত করণ করম্বা মতমদা শেংগনি হায়বসিগী অরেপ্পা মতম লৈতে, অহুমক ওইহ্নবসু) যদা—করিগুম্বা মতম অমদা, তে বুদ্ধি —নিষ্কামকর্ম্ম তৌহ্নবা লৈরিবা নহাক্কী পুক্নী (মন), মোহকলিলং— অজ্ঞাননা মরুম ওইহ্নবা সংসারগী পোংশিংদা শুমহত্নবা লৈবগী মশক ওইবা অমোংপা অহুবু, ব্যতিতরিষ্যতি—লান্থোক্কনি ( অমোংপা অহু নহাক্কী বুদ্ধিদগী চংথোক-খিগনি ), তদা=মতম অহুদা শ্রোতব্যস্য শ্রুতস্য চ—বেদনচিংবা শাস্ত্রশিংদগী তাবদা মতীক চাবা অমসুং অহানবদা তাগ্রবা কর্ম্মগী ফলনচিংবা পোংশিংগী ( মতৌ অসুম্না লোকব্যবহারদা খঙবদা মতীক চাবা অমসুং খঙগ্রবা, ফংবদা মতীক চাবা অমসুং ফংগ্রবা, য়েংবদা মতীক চাবা অমসুং য়েংগ্রবা পোং অসিনচিংবগী ), নির্ব্বেদং=বৈরাগ্য ( পামদবা ), গন্তা অসি=নহাক্না ফংগনি ( অসিগুম্বা মতমদা অন্ত করণ শেংলে হায়বসি নহাক্না খঙউ )॥ ৫২॥

অপুনবা অর্থ ঃ— করিগুম্বা মতম অমদা নিষ্কামকর্ম্ম তৌহ্নবা লৈরিবা নহাক্কী বুদ্ধি অজ্ঞাননা মরুম ওইহ্নবা সংসারগী পোংশিংদা শুমহত্নবা লৈবগী মশক ওইবা অমোংপা অহুবু থাদোক্কনি, মতম অহুদা বেদনচিংবা শাস্ত্রশিংদগী তাবদা মতীক চাবা অমসুং অহানবদা তাগ্রবা কর্ম্মগী ফল-নচিংবা পোংশিংগী পামদবা নহাক্কী ওইগনি ( অসিগুম্বা মতমদা নহাক্না অন্ত করণ শেংলে হায়বসি খঙউ )। ৫২।

অন্ত করণ শেংলবা মতুংদা করম্বা মতমদা ঐনা আত্মজ্ঞান ফংগনি হায়না অর্জ্জুনা অমুক হংলবদি মহুগী পাউখুম অসুম্না পীরি—

শ্রুতিবিপ্রতিপন্না তে যদা স্থাস্যতি নিশ্চলা।
সমাধাবচলা বুদ্ধিস্তদা যোগমবাপ্স্যসি ॥ ৫৩॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— তে বুদ্ধি = নহাক্কী পুক্নী ( অন্ত করণ ), শ্রুতিবিপ্রতিপন্না—মখল মখা অয়াম্বা কর্ম্ম অমসুং ফলনচিংববু তাকলিবা বেদগী ব্রাহ্মশিংবু তাবদগী মখোয়গী অফ ফত্তগী মরুমদা চিংনহ্নবা চোইনা ( লৈতাদনা ) লৈরিবহু, যদা—করিগুম্বা মতম অমদা, নিশ্চলা—( অন্ত করণ শেংলকপদগী ) লৈতানা লৈরক্লুনা, সমাধৌ=( সমাধীয়তে যস্মিন্‌চিত্তমিতি সমাধি =পরমাত্মা, তস্মিন ) মন থিংজিন্দুনা থম্নিবা পরমাত্মদা, অচলা স্থাস্যতি—লেঙদনা লৈগনি, তদা—মতম অহুদা যোগং—পরমাত্মা অমসুং জীবাত্মাগী অমত্ত ওইনা খঙবা যোগবু ( জ্ঞান যোগবু ), অবাপ্স্যসি= নহাক্না শংশঙনা ফংগনি ( মতম অহুদা নহাক স্থিতপ্রজ্ঞ ওইগনি হায়বদি আত্মাগী মরুমদা লেঙদবা অরেপ্পা জ্ঞান লৈবা ওইগনি )॥ ৫৩।

**অপুনবা অর্থ ঃ**—নহাক্কী পুক্নী, মথল মখা অয়াম্বা কর্ম্ম অমসুং ফলশিংবু তাকলিবা বেদগী বাহৈশিংবু তাবদগী মখোয়গী মরমদা চিংনহন্না চোইনা লৈরিবহ করিগুম্বা মতম অমদা লৈত্তানা লৈরক্লনা পরমাত্মাদা লেংদনা থিংজিন্দুনা লৈগনি মতম অহুদা নহাক্কা পরমাত্মা অমসুং জীবাত্মাবু অমত্ত ওইনা খঙবা যোগবু ( জ্ঞানযোগবু ) শংশতনা ফংগনি ॥ ৫৩॥

## অথুপ্পা বা

বেদদা অধিকারীশিংগী ( মহ মহ তৌবদা মতীক চাবা মী শিংগীদমক ) মথল-মখা অয়াম্বা কর্ম্মশিং অমসুং মখোযগী যলশিং তাক্লনা লৈরি অহুগা উপাসনাগী মরমদস্ত সগুণ অমসুং নিগুণ খায়দুনা অতোপ অতোপ্পা ফলশি ওইবা উপাসনা যাম্না লৈ। মরম অসিনা সাধারণ ওইবা অধিকারীশিংদি মখোয়শি হুবু তারগা করম্বা কর্ম্ম অমসু উপাসনাবু তৌগনি অহুগা করম্ববু থাদোক্কনি অসিনচিংবা খল্লগা যাম্না চিংনহনা লৈ মসিদ নত্তনা অযবব থাদোক্লগা যত্তবব অযবনি খন্দুনা মহ তৌনীংই। ফীবম অসিদা মখোযগী বুদ্ধি অহু লেপ্পা লৈতাহনা লৈতে যাম্না চোইনা লৈ। কর্ম্ম নত্রগা উপাসনা তৌবা মতমদা "ঐদি ফল পামদে" হায়বতদা মহ নিষ্কাম ওইবা য়াদে, বাহৈ অমসুং পুক্নীংদা লেপ্পা অনীসি য়াম্না খেন্নৈ পুক্নীংনা লেপ্তূনা ফল থাদোক্লবতদা মহ নিষ্কাম ওইগনি। মতৌ অম্সুম্না পুক্নী না যল পাম্বা শেংনা থাদোক্লগা কর্ম্ম, উপাসনা নচিংবা তৌবদগী অন্ত করণ শেংদোকখিহনা ঈশ্বরগী কৃপাদগী— "সর্ব্বে বেদা যৎপদমামনন্তি তপাংসি সর্ব্বাণি চ যদ্বদন্তি" ( কঠ ১।২।৫ ) "বেদ পুম্নমকসি পরব্রহ্ম অহুমক্তবু তাক্লনবনি অমসুং মহুদা হায়রিবা কর্ম্ম, উপাসনা নচিংবা পুম্নমক অহুস্থ মাবু ফংনবা উপায় ঙাক্তনি" হায়না নীংথিনা খঙলবা মতমদা অধিকারী অহুগী বুদ্ধিহ লেপ্পী। অসিগুম্বা অরেপ্পা বুদ্ধিসিবু পবমাত্মাদা লেংদনা থম্বা ঙম্নবদা আত্মজ্ঞান শংশঙনা ফংহনা স্থিতপজ্ঞ (ঐ পরব্রহ্মগী মশকমক্নি হায়বা অরেপ্পা বুদ্ধি লৈবা ) ওই হায়বসি ভগবান্না শ্লোক অসিদা তাকলি ॥ ৫৩॥

মতৌ অম্সুম্না শ্রীভগবানগী চীনবাম্বোংদগী আত্মজ্ঞান ফংহনা লৈববা স্থিতপ্রজ্ঞগী মরমদা তারগা অর্জ্জুন্না মহুগী ( স্থিতপ্রজ্ঞগী ) মওঙ মতৌ খঙনীংহনা অম্সুম্না হংই—

**স্থিত প্রজ্ঞস্য কা ভাষা সমাধিস্থস্য কেশব।**
**স্থিতধী কিং প্রভাষেত কিমাসীত ব্রজেত কিম্ ॥ ৫৪ ॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা**— কেশব—কেশী কৌবা হিংচাববু হাংপা হে কৃষ্ণ! সমাধিস্থস্য—সমাধিদা লৈবা (পুক্নীংগী অতোপ্পা মাথল পুম্নমকপু কাজিন্দুনা সুপ্পা আত্মাগা অমত্ত ওইনা পরব্রহ্মদা পুক্নীং থিজিন্দুনা লৈবা ), স্থিতপ্রজ্ঞস্য—"ঐ ব্রহ্মমক্নি" হায়বা লেংদনা বুদ্ধি থম্বা মীগী, কা ভাষা—(ভাষতে অনয়া ইতি ভাষা—লক্ষণম ) লক্ষণ করিনো ( অতোপ্পা মী-শিংদা সমাধিদা

তৃমিন্না লৈরিবা জ্ঞানী অহুবু করম্না য়াহৈবা হায়নৈ ) অহুগা সমাধিদগী হৌগত্তূনা ব্যবহার তৌবা মতমদা স্থিতধী = স্থিতপ্রজ্ঞ — ব্রহ্মজ্ঞানী অহুনা কি প্রভাষেত = করম্না ৱাঙ শরুই কিং আসীত = করম তৌনা লৈ, কি ব্রজেত — অহুগা করম্না লমচৎ চৎলী ॥ ৫৭ ॥

অপূনবা অর্থ — হে কেশব ! সমাধি তৌহুনা লৈবা স্থিতপ্রজ্ঞ ব্রহ্মজ্ঞানীগী লক্ষণ ( মওং ) করিনো ? অহুগা সমাধিদগী হৌগত্তূনা ব্যবহার তৌবা মতমদা স্থিতপ্রজ্ঞ জ্ঞানী অহুনা করম্না ৱাঙশকই, করন তৌনা লৈ অমসুং করম্না লমচৎ চৎলী ॥ ৫৪ ॥

অখুপ্পা বা

শ্লোক অসিদা অর্জ্জুন্না স্থিতপ্রজ্ঞ জ্ঞানীগী মরমদা ৱাহং মরিখক শ্রীভগবানগী মফমদা হংলি। অহানবা ৱাহংদি— সমাধিদা ফমদুনা লৈরিবা জ্ঞানীগী মওংদনি, অহুগা মতুংগী ৱাহং অহুমদি সমাধিদগী হৌগত্ত না ব্যবহার তৌহুনা লৈরিবা স্থিতপ্রজ্ঞ জ্ঞানীগী মরমদনি। অর্জ্জুন্না অসুম্না ৱাহং হংবগী মরমসু অসিনি— স্থিতপ্রজ্ঞ জ্ঞানীনা সমাধিদগী হৌদুনা ব্যবহারগী থবক পুম্নমক তৌরিবহু মাগী হৌনশা ( স্বভাব ) ওই মহু তৌনবগীদমক মহাক্না থোইদোক্না হোৎনদে। অহুবু জ্ঞান ফংগে হায়না হোৎনরিবা সাধকশিংগীদি মহু পুম্নমক অহু জ্ঞান ফংনবা অথোইবা সাধন ওই। স্থিতপ্রজ্ঞ জ্ঞানীনা স্বাভাবিক ওইনা তৌরিবা থবক পুম্নমক অহুগী মতৌ তমহুনা সাধক্না মহু পুম্নমক অহুবু হোৎনহুনা তৌরবদি মহুদগী মহাকসু জ্ঞানী ওইবা ঙম্মী অহুগা জ্ঞানী ওইরবা মতুংদা মহু পুম্নমক অহুসু মহাক্কী স্বাভাবিক ওইগনি। মরম অসিদগী অর্জ্জুন্না জ্ঞানীগী লমচৎ পুম্নমক অহুবু মাগী ( অর্জ্জুনগী ) সাধন ওইনা খংগে হায়বগীদমক ভগবান্দা ৱাহং শিংসি হংলিবনি ॥ ৫৪ ॥

মতৌ অসুম্না স্থিতপ্রজ্ঞ জ্ঞানীগী স্বাভাবিক ওইবা ধর্ম্মশিংবু সাধককী সাধন ওইবা তাক্নে হায়বগীদমক ৱাহং মরিসিগী পাউখুম মথাগী শ্লোক অসিদগী হৌহুনা মথং মনাও নাইনা ভগবান্না অধ্যায় অসিগী লোইবা যাওবদা পীবিরি—

শ্রীভগবান্ উবাচ

প্রজহাতি যদা কামান্ সর্ব্বান্ পার্থ মনোগতান্।
আত্মন্যেবাত্মনা তুষ্টঃ স্থিতপ্রজ্ঞস্তদোচ্যতে ॥ ৫৫ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা :— শ্রীভগবান উবাচ — শ্রীভগবান্না হায়খি— পার্থ = পৃথা কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন ! আত্মনি এব — খ্বায়দগী অথোইবা নুংঙাইবগী মশক ওইবা আত্মাতদা, আত্মনা তুষ্ট — মশা মতোমদনা পেন্দুনা, মনোগতান্ — পুক্নীংদা লৈরিবা ( লাকইবা ), সর্ব্বান্ কামান = সংসারগী পোৎশিংদা অপাক্কা থবগী ৱাথল পুম্নমকপু, যদা = মতম অহুদা, প্রজহাতি = মীংথিনা থাদোক্লুনা লৈ, তদা = অহুগুম্বা মতম অহুদা, স্থিতপ্রজ্ঞঃ উচ্যতে = স্থিতপ্রজ্ঞ ( আত্মাদা পুক্নীং লেপ্পুনা লৈরিবা ) জ্ঞানীহুবু সমাধিদা লৈ হায়নৈ ॥ ৫৫ ॥

**অপুনবা অর্থ ঃ—** শ্রীভগবান্না অর্জুনবু অস্মুম্না হায়রিখি— হে অর্জুন, থ্বায়দগী অথোইবা নুংঙাইবগী মশক ওইবা আত্মাতদা মশা মত্তোমদনা পেন্দুনা, মতম অদুদা পুক্নীংদা লৈরিবা সংসারগী পোৎশিংদা অপাম্বগী রাখল পুম্নমকপু থাদোক্লুনা লৈ, অসিগুম্বা মতমদা স্থিতপ্রজ্ঞ জ্ঞানীহবু সমাধিগী অবস্থাদা লৈ হায়নৈ ॥ ৫৫ ॥

অথূপ্পা বা

হৌনশা ওইনা মশামক্তী লৈরিবা নুংঙাইবহবু থাদোক্লগা মপাম্থোংগী পোৎশিংদগী নুংঙাইবা পামহনা মহুগী রাখলশিং তৌহনা লৈরবদি মী অদুনা কদোউৈদস্থ আত্মাগী অশেংবা নুংঙাইবহবু ফংবা ঙম্মদ। অদুগা মপাম্থোংগী পোৎশিংদগী ফংগদবা নুংঙাইবা অদুবু পামদনা মথোয়গী রাখল পুম্নমকপু থাদোক্লগা আত্মাতদা মনবু লুপ্তনা থম্লরদি আত্মাগী নুংঙাইবা অদুনা পেন্দুনা সংসারগী পোৎ পুম্নমকপু পুমকাউ কাউথোক্লুনা লৈ। অসিগুম্বা ফীবম অসিবু যোগদর্শনদা— "যোগ চিত্তবৃত্তিনিরোধ হায়। মনগী রাখল পুম্নমকপু থিংহনা থম্বা— যোগনি মসিবু সমাধি হায়নস্থ কৌই। অসিগুম্বা ফীভমসিদা স্থিতপ্রজ্ঞ ওইবা জ্ঞানীহনা লৈবা মতমদা মহাকপু অতোপ্পা মী শিংনা সমাধিদা লৈ হায়নৈ। অসিগুম্বা ফীবম অসি জ্ঞানী অদুগীদি অভ্যাস য়াম্না তৌরক্লুনা লৈবা মরমদগী হৌনশা ওইনা লৈ অদুবু সাধকতি মহু হোৎনদনা ফংবা ঙমদে। মরম অসিনা স্থিতপ্রজ্ঞ ওইহনা লৈবা পাম্বা মী শিংনা সংসারগী পোৎশিংদা চত্তুনা মখল মখা অয়াম্বা রাখল খন্দুনা লৈরিবা মনবু মহুদগী ফাজিন্দুনা আত্মাদা থম্বা ঙম্নমা চাং নাইনা য়াম্না কন্না অভ্যাস তৌগদবনি, মহুতদা স্থিতপ্রজ্ঞ ওইবা ঙমগনি হায়বসি ভগবান্না অর্জুনবু তাকলি ॥ ৫৫ ॥

হৌজিক সমাধিদগী হোগত্তুনা ব্যবহার তৌহনা লৈবা স্থিতপ্রজ্ঞ জ্ঞানী অদুনা অতোপ্পা অজ্ঞানীশিংদগী খেন্নবা "কিং প্রভাষেত" করি ঙাঙ শকই হংখিবদুগী পাউখুম শ্লোক অনীদা ভগবান্না পীরি, মহুদস্থ ব্যবহারদা মাগী মওঙবু অহানবদা অস্মুম্না হায়রি—

দুঃখেষ্বনুদ্বিগ্নমনাঃ সুখেষু বিগতস্পৃহঃ।
বীতরাগভয়ক্রোধঃ স্থিতধীর্মুনিরুচ্যতে ॥ ৫৬ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—** দুঃখেষু=অৱাবশিং লাকপদা অনুদ্বিগ্নমনা –পুক্নীং থম্মোয় লাঙতক্নদনা থগত্তনা লৈবা, সুখেষু=নুংঙাইবশিং ফংবদা, বিগতস্পৃহ –মিহৌবা খৌরাংবা লৈত্রবা, বীতরাগভয় ক্রোধ.–অপাম্বা, অকিবা অমসুং অশাওবা ( মথোয়সি ) মঙোন্দগী চৎথোকপ্রবা, মুনি –পুক্নীংদা আত্মাগী মরমদা য়াম্না রাখল তৌহনা লৈবা জ্ঞানীবু, স্থিতধী উচ্যতে–স্থিতপ্রজ্ঞনি হায়নৈ ॥ ৫৬ ॥

**অপুনবা অর্থ ঃ—** অৱাবশিং তাবা মতমদা পুক্নীং লাঙতকনদনা লৈবা, নুংঙাইবশিং ফংবদা মিহৌবা লৈত্রবা, অপাম্বা অকিবা অমসুং অশাউবা মঙোন্দগী চৎথোকপ্রবা অদুগা মতম পুম্নমক্তা আত্মচিন্তন তৌহনা লৈবা জ্ঞানীবু স্থিতপ্রজ্ঞনি হায়নৈ ॥ ৫৬ ॥

অথূপ্পা বা

অরাবসি মখল অহুমথোক্না খায়রি— হৃকচাংগী মনুংদা অনাবনচিংবা পোক্লগা ফংবা অরাবদু আধ্যাত্মিক অরাবা কৌই শা কৈনচিংবা অতোপ্পা জীবশিংদগী ফংবা অরাবদু আধিভৌতিক অরাবা কৌই অহুগা চাক তাংবা ঈশিং চাউবনচিংবদগী ফংবা অরাবদু আধিদৈবিক অরাবা কৌই। মখোয়শি সিগী মনুং দগী করিগুম্বা অকনবা অরাবা অমা লাক্লবদা মহু কোক্লবা উপায় ফংদহনা রাখল লৈত্তবা অজ্ঞানীশিংনা—"ঐখোয়দি মহাপাপীনি, ঐখোয়গা মান্ননা লাইবক থীবা কনা লৈরিগনি, লাইবক থীবা মরমদগী ঐখোয়না অসিগুম্বা অরাবসি ফংলিবনি" অসিনচিংবা হায়দুনা পুক্নীং য়াম্না পাৎংনা (লৈতাদনা) লৈ অদুবু রাখল লৈবা স্থিতপ্রজ্ঞ জ্ঞানীদি অসিগুম্বা অরাবশিং লাকপা মতমদা পুক্নীং লাঙতক্লদনা য়াম্না তপ্না লৈ অহুগা লাকইবা অরাবশিংদু কোক্লবা উপায় লৈত্রবস্তু অহানবদা তৌখিবা পাপনা মরম ওইহুনা হৌজিক অরাবসি য লিবনি মসিবু খাংবা নত্তনা অতোপ্পা উপায় লৈতে খন্দুনা পুক্নীং পাখত্তনা লৈতানা লৈ। অহুগা নু ঙাইবসিস্তু অরাবগুম্না আধ্যাত্মিক আধিভৌতিক অমসুং আধিদৈবিক থেন্ননা অহুম থোক্না খায়রি। অসিগুম্বা নুংঙাইবশিং ফংবা মতমদা অজ্ঞানীশিংনা হরাওবনা চোংহুনা লৈ মদুবু হন্না হন্না ফংনবগীদমক য়াম্না কন্না হোৎনৈ অমসুং খোরাংনা ঙাইহুনা লৈ। অরাবা ফংনবা উপায় তৌত্রবস্তু অমসুং পামত্রবস্তু তৌখিবা কর্ম্মগী মহুং ইন্না নমদুনা লাকপগী মতৌগুম্না নুংঙাইবা অদুস্তু মখোয়না তৌখিবা কর্ম্মগী মহুং ইন্না শোমদনা ফংগনি, মহু পামহুনা অমসুং মিহৈহুনস্তু মহুগীদমক কর্ম্ম তৌখিব্রমত্রবসি ফংলোই ায়বসি করিমত্ত খন্দে। অহুবু রাখল লৈবা স্থিতপ্রজ্ঞ জ্ঞানীদি মসিবু নীংথিনা খঙই। মরম অসিনা নুংঙাইবা ফংবা মতমদস্তু মখোয়না মহুদা করিমত্ত মিহৌদে অমসুং মহু ফংনীংহুনা খোরাং নস্তু ঙাইদে। মসিদ নত্তনা স্থিতপ্রজ্ঞ জ্ঞানীসি অজ্ঞানীশিংগী মতৌগুম্না করিগুম্বা পোৎ অমবু ফঙবনি খন্দুনা মহুদা পুক্নীং চঙনা লৈত্তে, মহু মাঙখিগনি হায়না কিদে অমসুং মহুগী মাঙনবা মরম লাক্লবস্তু শাউদে, ফীবম অমত্তদা লৈ। অসিগুম্না মওঙদা লৈরিবা স্থিতপ্রজ্ঞ জ্ঞানীগী মতৌ তম্নবা সাধক ওইবা মীনস্তু মহু পুম্নমক অহু তৌনবা অমসুং পুক্নীংদা লেপ্লবা হোৎনগদবনি হায়বসি মফমসিদা ভগবানগী অভিপ্রায়নি। ৫৬॥

মতৌ অসুম্না ব্যবহারদা লৈবা স্থিতপ্রজ্ঞী মওঙ হায়রগা হৌজিক মহাক্না করি ঙাঙ-শকই হায়বসি ভগবান্না তাকপীরি—

যঃ সর্ব্বত্রানভিস্নেহস্তত্তৎ প্রাপ্য শুভাশুভম্।
নাভিনন্দতি ন দ্বেষ্টি তস্য প্রজ্ঞা প্রতিষ্ঠিতা॥ ৫৭॥

অন্বয় ব্যাখ্যাঃ— যঃ—মহাক অহনা, সর্ব্বত্র—আম্না নত্তবা মিন্না ওইবা পোং পুম্নমক্না, অনভিস্নেহঃ=নুংশিবা অমসুং অপান্না তৌদনা, তত্তৎ শুভাশুভং প্রাপ্য—প্রারব্ধ কর্ম্মগী মহুং ইন্না

মুংঙাইবা পীবা পোৎ অমসুং মুংঙাইতবা পীবা পোৎ ফলগা, ন অভিনন্দতি—মুংঙাইবা পীবা পোৎ অহুবু থাগত্তূনা হায়দে (ঙাঙদে), ন দ্বেষ্টি=অমসুং মুংঙাইতবা পীবা পোৎ অহুবু য়েংথিহনা নিন্দা তৌদে (অরা মুংঙাই পীবা পোৎ অমসু মী শি গী নিন্দা অমসুং স্তুতি তৌদে, কয়িগুম্বা মখোয়গী মরমদা ঙাঙ শকপা থোক্লবসু নিন্দা— স্তুতি তৌদনা সূপ্না চম্না ঙাঙ শকই), তস্য—মতৌ অসুম্না লৈরিবা মহাক্কী প্রজ্ঞা প্রতিষ্ঠিতা—আত্মাগী মরমদা লৈরিবা বুদ্ধি অহু লেঙদে ॥ ৫৭ ॥

**অপুনবা অর্থ :—** মহাক্না আত্মা নত্তবা মিথ্যা ওইবা পোৎ পূম্নমক্কা মুংশিবা অমসুং অপাম্বা তৌদনা প্রারব্ধ কর্ম্মগী মতুংইন্না মুংঙাইবা পীবা পোৎ অমসুং মুংঙাইতবা পীবা পোৎ ফংলগা মুংঙাইবা পীবা পোৎ অহুবু থাগত্তূনা হায়দে (ঙাঙ শক্তে) অমসুং মু ঙাইতবা পীবা পোৎ অহুবুসু য়েংথিহনা মহুগী নিন্দা তৌদে। মতৌ অসুম্না লৈরিবা মহাক্কী আত্মাগী মরমদা লৈরিবা বুদ্ধি অহু লেঙদে ॥ ৫৭ ॥

## অথুপ্পা বা

ব্যবহারগী মতমদা রাখল লৈতবা অজ্ঞানীশিংনা মখোয়গী কান্নবা তৌবা অমসুং মুংঙাইবা পীবা পোৎ চৈ, মী-নচিংববু য়াম্না থাগৎলি, অহুগা মখোয়গী ফত্তবা তৌবা অমসুং মুংঙাইতবা পীবা পোৎ চৈ মী নচিংববু য়েংথিহনা য়াম্না চৈ থাংহনা নিন্দা তৌই। অশেংবমক্তি সংসারসিদা লৈরিবা পোৎশিং অমসুং থবায় পানবশিংগী মমুংদা করম্বনা অফবনো করম্বনা ফত্তবনো হায়বসি হৌজিক যাওবা কনা অমত্তনা লেপ্পা ঙমদ্রি। কনা অমগী যত্তবা অমসুং য়েংথিবা পো মী নচিংবা অতোপ্পা অমদদি ফবা অমসুং চান্নবা ওই। কীবম অসিদা কনাবু ফত্তে হায়গনি অহুগা কনাবু ফৈ হায়গনি? ফত্তববু ঐগী তুং ইন্না চৎলবদি ফৈ, অহুগা অফববু ঐগী তুং ইন্না চত্রবদি ফত্তে হায়বসি পূম্নমক্কী ব্যবহারনি। মহুদগী মন অমত্ত ওইনা থম্বা ঙমদহনা য়েংথিনবা অমসুং চান্নবা অসিনচি বা থাযরক্লিবনি। মরম অসিনা অফবা লম্বীদা চৎনীংবা অমসু আত্মজ্ঞান ফংনীংবা মী শিংনা মথক্তা হায়রিবা স্থিতপ্রজ্ঞগী মতৌ তমহনা কনাগুম্বা মীগী অমসুং পো কী নিন্দা অমসুং স্তুতি তৌদনা সূপ্না অমত্ত ওইবা মীৎয়েংদা লৈনবা হোৎনগদবনি হায়বসি ভগবান্না শ্লোকসিদা তাক্লিবনি ॥ ৫৭ ॥

স্থিতপ্রজ্ঞ জ্ঞানীনা সমাধিদগী হৌগত্তূনা ব্যবহার তৌবা মতমদা করম তৌনা লৈ (কিমাসীত) হায়না হংখিবা অহুগী পাউখুম হৌজিক ভগবান্না শ্লোক তকক্তা পীরি—

যদা সংহরতে চায়ং কূর্ম্মোহঙ্গানীব সর্ব্বশঃ।
ইন্দ্রিয়াণীন্দ্রিয়ার্থেভ্যস্তস্য প্রজ্ঞা প্রতিষ্ঠিতা। ৫৮।

**অন্বয় ব্যাখ্যা :—** কূর্ম্ম=থেঙ্গুনা, অঙ্গানি ইব—মখোঙ মখুৎ মকোক্কচিংবা কান্নাৎ পূম্নমকপু থূপচিন্দুনা খগগী মতৌগুম্না, অয়ং—সমাধিদগী হৌগত্তূনা ব্যবহার (তৌফম থোকপা থবক ইনথা)

তৌহনা লৈরিবা জ্ঞানী অহনা, ইন্দ্রিয়ানি=মীৎ নাকোংনচিংবা জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা, খোঙ খুৎনচিংবা কর্ম্মেন্দ্রিয় মঙা অমসুং মনবু, ইন্দ্রিয়ার্থেভ্য — মখোয় মখোয়না লৌগদবা রূপ শব্দনচিংবা বিষয়শিংদগী, যদা চ সংহরতে—মতম অহদা অমুক হন্না চিংথোক্লনা লৈ, ( মতৌ অসুম্না ব্যবহারগী মতমদসু লৈবা মরমদগী ) তস্য—জ্ঞানী অহগী , প্রজ্ঞা প্রতিষ্ঠিতা—পরমাত্মতত্ত্বগী মরমদা লৈরিবা বুদ্ধি অহ লেঙদনা লৈ ( ব্যবহার তৌবা মতমদসু অমুক হন্না সমাধিদা লৈনবা হোৎনৈ ) ॥ ৫৮ ॥

অপুনবা অর্থ — থেঙ্গুনা মাগী কায়াৎ পূম্নমকপু থূপচিন্দুনা থম্বগী মতৌগুম্না ব্যবহারগী মতমদা জ্ঞানী অহমসু মাগী ইন্দ্রিয় পূম্নমকপু মখোয়গী বিষয়শিংদগী চিংথোক্লনা থম্মী, মতৌ অসুম্না লৈবা মরমদগী মাগী আত্মতত্ত্বগী মরমদা লৈরিবা বুদ্ধি অহ মতম অহদা লেঙদনা লৈ ॥ ৫৮ ॥

অপঙবা অজ্ঞানীশিংগীসু হকচাংদা অনা অয়েক লাকপা মরমদগী মখোয়গী ইন্দ্রিয়শিং অহ বিষয়শিংবু থাদোক্লনা লৈ , মরম অসিনা ইন্দ্রিয়শিংনা মখোয়গী বিষয়শিংদা চঙদনা লৈবদগী আত্মতত্ত্বদা লেঙদনা লৈ হায়বসি করম্না যাকম থোকই হায়না অর্জুন্না চিংনরবদা মহগী পাউখুম ভগবান্না পীরি—

বিষয়া বিনিবর্ত্তন্তে নিরাহারস্য দেহিনঃ।
রসবর্জ্জং রসোঽপ্যস্য পরং দৃষ্ট্বা নিবর্ত্ততে ॥ ৫৯ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ।— নিরাহারস্য=ইন্দ্রিয়শিংনা মখোয়গী ( রূপ রসনচিংবা ) বিষয়শিংবু লৌদনা লৈরিবা, দেহিন —হকচাংবু ঐনি ( আত্মানি ) খনবা অনাবা মীগী নত্রগা চন্না হেনবনচিংবা তপ তৌহনা লৈরবসু তত্ত্বজ্ঞান লৈতবা মীগী, রসবর্জ্জং=বিষয় ভোগকী মহাও অহ পুক্নীংদা লৈহৌরগা ( বিষয় ভোগকী খৌরাংবহ থাদোক্লনা ), বিষয়া বিনিবর্ত্তন্তে=সুপ্না বিষয়শিং চংথোকখি ( ইন্দ্রিয়শিংনা বিষয়শিংবু লৌদে ), অস্য—অহগা স্থিতপ্রজ্ঞ ওইবা জ্ঞানীগীদি, পরং দৃষ্ট্বা—পরমতত্ত্ব আত্মাবু খঙবা মরমদগী, রস অপি নিবর্ত্ততে=বিষয়গা লোয়ননা মহগী মহাও ( খৌরাংবা ) অহসু চংথোকখি ॥ ৫৯ ॥

অপুনবা অর্থ ।— ইন্দ্রিয়শিংনা মখোয়গী বিষয়শিংবু লৌবা ঙমদনা লৈরিবা অমসুং হকচাংবু ঐনি হায়না খল্লীবা অনাবা মীগী নত্রগা চন্না হেনবনচিংবা তপ তৌহনা লৈরবসু তত্ত্বজ্ঞান ফংদ্রিবা মীগী বিষয়ভোগকী খৌরাংবহ পুক্নীংদা লৈহৌরগা সুপ্না বিষয়শিং চংথোকখি , অহগা স্থিতপ্রজ্ঞ জ্ঞানীগীদি পরমতত্ত্ববু খঙবা মরমদগী বিষয়গা লোয়না খৌরাংবহসু চংথোকখি ॥ ৫৯ ॥

## অথূঙ্গা বা

শ্লোক অনিসিদা ভগবান্না— ইন্দ্রিয়শিংবু বিষয়শিংদগী লাকশিন্দুনা থম্বা অপাম্বগা বিষয়শিংবু মম (পুক্নীং) দগী লৌথোক্লনা থম্বসি স্থিতপ্রজ্ঞ ওইবা জ্ঞানীগী ব্যবহারদা লৈবগী মওঙনি মসি অজ্ঞানী ওইবা মী শিংদা লৈতে হায়বা তাকলি। মরম অসিনা সাধক ওইবা মী শিংনসু ইন্দ্রিয়শিংবু

লাকশিন্নুনা থম্নবা অমসু, মখোয়গী বিষয়শিংদা লৈবা অপাম্বা অহুবুসু থাদোক্লবা সাধন তৌরগা আত্মাগী অশেংবা জ্ঞান ফংদুনা স্থিতপ্রজ্ঞ ওইনবা হোংনগদবনি হায়বসি ভগবান্না অভিপ্রায়নি ॥৫৯॥

বুদ্ধিবু আত্মতত্ত্বদা লেঙদনা থম্নবা হোংনবদা মপাম্মোংগী মীংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংবু মখোয়গী বিষয়শিংদগী ফাজিন্দুনা থম্বা অমসু, মনবুসু বিষয়শিংবু থলহন্দনা থম্বা অনীসি অথোইবা সাধননি, অনীস লৈত্রবদি আত্মতত্ত্বগী বুদ্ধি যংবা ঙমদে হায়বসি তাক্লবগীদমক হৌজিক অহানবদা ভগবান্না মপাম্মোংগী ইন্দ্রিয়শিংবু ফাজিন্দবদগী ওইগদবা দোষ অহুবু অসুম্না হায়রি —

যততো হ্যপি কৌন্তেয় পুরুষস্য বিপশ্চিতঃ।
ইন্দ্রিয়াণি প্রমাথীনি হরন্তি প্রসভং মনঃ ॥৬০॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — কৌন্তেয় = কুন্তীগী মচা হে অর্জুন! যতত = বিষয়শিংদা ফত্তবা দোষ য়েংদুনা মখোয়বু থাদোক্লবা হন্না হন্না হোংনরিবা বিপশ্চিত = আত্মা অমসুং অনাত্মাগী (আত্মা নত্তবা পোংকী) বিচার তৌদুনা লৈরিবা, পুরুষস্য = রাখল লৈতাবা মীগী, মন অপি = মনবুসু (পুক্নীংবুসু), প্রমাথীনি ইন্দ্রিয়াণি = মপাঙ্গল য়াম্না চাউবা মরমদগী অফ ফত্তগী বিবেকবিচারবু লৈথ পাঙম্বা ইন্দ্রিয়শিংনা প্রসভং হরন্তি হি = বিষয়শিংদা নমদুনা চিংশিল্লী হায়বসি যাওরিবনি ॥ ৬০ ॥

**অপুনবা অর্থ** — হে অর্জুন। বিষয়শিংদা ফত্তবা দোষ য়েংদুনা মখোয়বু থাদোক্লবা কন্না হোংলরিবা অমসুং আত্মা-অনাত্মাগী মরমদা বিচার তৌদুনা লৈরিবা মীগী পুক্নীংবুসু, মপাঙ্গল য়াম্না চাউবা ইন্দ্রিয়শিংনা বিবেকবিচারদুবু লৈথত্তুনা বিষয়শিংদা নমদুনা চিংশিল্লী হায়বসি ফাও রিবনি ॥ ৬০ ॥

অথুম্বা রা

ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশিন্দুনা অমসুং ফাজিন্দুনা থম্বা অসি অচম্বা (অন্নায়বা) থবক নত্তে, য়াম্না কন্নবা (লুবা) থবক অমনি, মখোয়বু লাকশিন্নুনা থমগে হোংনরিবা মী শিং অহুতনা মসিবু নীংথিনা থঙবা ঙম্মী, হোংনদবা মী শিংদি মসিবু খঙবা ঙমদে। তুরেনগী ঈচেলগী মতুং ইন্না মহুদা ঈরোইদুনা চংলিবা মী অহুনা ঈচেল অহু কয়ামুক কন্না চংলী হায়বসি খঙদে ঈচেলগী মায়োক্তা ঈরোইগে হোংনরবতদা মানা ঈচেলদুগী পাঙ্গল খঙবা ঙম্মী। মতৌ অসুম্না ইন্দ্রিয়শিংগী ঈচেন্দা তাউদুনা বিষয় ভোগতা ঈরোইদুনা লৈবা মীনা মখোয়গী মপাঙ্গলবু খঙদে মখোয়বু ফাজিন্দুনা মথক্লোমদা চংকে হোংনরবতদা মহু খঙবা ঙম্মী। তুরেনগী অকনবা ঈচেলগী মথকক্লোমদা হনগংনা (মায়োক্লনা) ঈরোইগে হোংনরিবা মী অহুবু ঈচেন্না মথারোমদা পুদুনা চংপগী মতৌগুম্না ইন্দ্রিয়শিংবু ফাজিন্দুনা মথক্লোমদা চংকে হোংনরিবা মী অহুগী বিবেকবিচার লৈবা মন অহুবুসু ইন্দ্রিয়শিংদা নমদুনা মথারোমদা বিষয়শিংদা চিংশিল্লী। বিচার লৈতবা অয়াম্বা মী-শিংনা ভোগ্য বিষয় লৈত্রবদি ইন্দ্রিয়শিং মশা মতোমদা হস্থিগনি অমসুং হোংনবা তৌদনা মখোয়বু ফাজিনরা ঙমগনি থল্লী, অসুম্না থনবসি য়াম্না অন্নানবা অমনি, মরমদি চন্না হেন্দুনা লৈবা মী অমনা চাবা

থাদোক্লবস্থু অমস্তু, চা-নবা পোং মনাক্তা লৈত্রবস্থু চানীংবা অহবুদি থাদোক্তে, মাগী মপূক্কী, অহ য়াম্না চানীংনা লৈ। মতৌ অস্তুম্না অনাবা মীনস্থু অধুম অহাও চাবা থাদোক্লবস্থু মহ য়াম্না চানীংনা ( চারবদি হাওগল্লিদা খল্দুনা ) লৈ। হায়রিবসি ইন্দ্রি পূম্নমক্কী বিষয়শিংদো লৈন্নিরবনি। মরম অসিনা স্থিতপ্রজ্ঞ ওইহনা লৈবা মী শিংদনা বিষয়শিংগী অপাম্বগা লোয়মনা মখোয়বু থাদোকপা ওস্মী হায়বসি ভগবান্না তাক্লিবনি, বিষয়শিংবু থাদোক্লবস্থু পূক্কীংদা মখোয়গী অপাম্না লৈহৌরবদি ইন্দ্রিয়শিং অহনা বিবেকী ওইবা মী ফাওববুস্থু বিষয়শিংদা চিংশিল্লী হায়বসিদা চিংনক্কম লৈতে ।৬০।

মহ ওইরবদি করম তৌনা ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশিন ফাজিনবা ঙমগনি হায়না অর্জুন্না হংলবদা মখোয়বু ফাজিনবা ঙম্নবা উপায়বু ভগবান্না অস্তুম্না তাকলি—

তানি সর্ব্বাণি সংযম্য যুক্ত আসীত মৎপরঃ।
বশে হি যস্যেন্দ্রিয়াণি তস্য প্রজ্ঞা প্রতিষ্ঠিতা ।৬১।

**অন্বয় ব্যাখ্যা** ৹— মৎপর =থরায় পানবা পূম্নমক্কী আম্বা ওইহনা লৈরিবা বাস্তুদেব ঐমক্তবু শ্বায়দগী অথোইবনি লেপ্পগা ঐগী ভক্ত ওইহনা, তানি সর্ব্বাণি—জ্ঞানগী সাধন মীংনচিংবা ইন্দ্রিয় মঙা অমস্তু, কর্ম্মগী সাধন খুংনচিংবা ইন্দ্রিয় মঙা মখোয় পূম্নমকসিবু, সংযম্য—লাকশিন্দুনা থম্নগা, যুক্ত আসীত—ঐঙোন্দা ( বাস্তুদেবদা ) পূক্কীং থিংজিন্দুনা কম্নগা সমাধি তৌনবা হোংনগদবনি হি—মতৌ অহম্না অভ্যাস তৌহনা লৈরবদি লেপ্পমক, যস্য ইন্দ্রিয়াণি বশে—মীহগী ইন্দ্রিয়শিংহ খুহম চন্দুনা থম্বা ঙমগনি, তস্য প্রজ্ঞা প্রতিষ্ঠিতা=মহদগী মহাক্কী বুদ্ধি অহ আম্বাদা লেঙদনা লৈতানা লৈ ।৬১।

**অপুনবা অর্থ** ৹— থরায় পানবা পূম্নমক্কী আম্বা ওইহনা লৈরিবা, বাস্তুদেব ঐমক্তবু খায়দগী অথোইবনি লেপ্পগা ঐগী ভক্ত ওইহনা ইন্দ্রিয় পূম্নমকপু লাকশিন্দুনা থম্নগা ঐঙোন্দা ( বাস্তুদেবদা ) পূক্কীং থিংজিন্দুনা থম্নগা সমাধি তৌনবা হোংনগদবনি, মহদগী ইন্দ্রিয়শিংহ খুদম চন্দুনা লৈবা মরম্না মাগী বুদ্ধি আম্বাদা লেঙদনা লৈ ।৬১।

### অথূপ্পা বা

সংসারগী পোংশিংদা পূক্কীং চঙদুনা লৈবা ঐখোয়গী মনসিদা মল ( অমোংপা ) অমস্তুং বিক্ষেপ ( তপথদনা লেঙদুনা লৈবা ) কোবা দোষ অনীথক লৈ। মল দোষদি পাপনি, পাপ অহবু কোক্লনবা নিষ্কামকর্ম্ম তৌ হায়না ভগবান্না তাক্লিবনি, অহগা বিক্ষেপ দোষ ( পূক্কীং লৈতাদনা লৈবা ) অহ কোকথোক্লবগীদমক পরমাত্মাগী উপাসনা তৌবনি। মসিবু ভগবান্না গীতা অসিগী মমুংদা তরেংশুবা অধ্যায়দগী তরানীথোইশুবা অধ্যায় ফাওবদা নীংথিনা তাকনি। মরম অসিনা পূক্কীং শেংনবা নিষ্কামকর্ম্ম তৌবগা লোয়মনা ঙম্বা মখে হোংলহনা পরমাত্মাগী উপাসনাবুস্থু য়াম্না পূক্কীং থিংজিন্না তৌগদবনি। উপাসনাহ তৌবা মতমদা ইন্দ্রিয় পূম্নমকপু সংসারগী পোং পূম্নমক্কগী

চিংথোক্তুনা মখোয়বু কাউথোক্লগা মনবু পরমাত্মাগী মওঙ ওইনা থম্নবা হোৎজগদবনি। "মনবু পরমাত্মাগী মওঙদা থম্বসি অশেংবা উপাসনানি"। মসিদগী লৈতাবা লৈরমদবা মন "অহং" ওম্ন ওম্না লৈতাবা লৈরক্কনি, মহুদগী ইন্দ্রিয় পূম্নমকপুম্ব খুত্থম চন্দুনা থম্বা উল্লকপদগী মী অহুনা আত্মজ্ঞান কন্নবা মত্তাক ("পাঙ্গল) ফংগনি অমসুং স্থিতপ্রজ্ঞ ওইহুনম্ব লৈবা ঙমগনি।" মসিম অসিমা যোগ-দর্শনদসু ইন্দ্রিয়শিংবু ফাজিন্দুনা মনবু লৈতানা থম্বা ওম্নবা উপায় "ঈশ্বরপ্রণিধানাদ্বা" (১/২৩)— "ঈশ্বরগী উপাসনাদগীসু মনবু ফাজিন্দুনা সমাধি তৌবা য়াই" হায়না তাক্লি। মসিবু য়াম্না শম্না ভগবান্না মফম অসিদা "মৎপর" ওইহুনা মঙোন্দা (ভগবান্দা) মন থিংজিন্দুনা থম্মু হায়রিবনি ॥ ৬১ ॥

মপাঙ্থোংগী ইন্দ্রিযশিংনা মখোয মখোযগী বিষযশিংদা চঙবা মরমদগী মখোয়গী মতেংনা মন অসি লৈতানা লৈবা ঙগত্রিবনি। মরম অসিনা মপাঙ্থোংগী ইন্দ্রিয়শিংবু মখোয়গী বিষয়শিংদা চংহন্দনা ফাজিন্দুনা থম্নবনি হোৎনরবা তৌদনা মন অসি লৈতানা লৈগনি। মাবু লৈতানা থম্নবগীদমক পরমাত্মাগী উপাসনা তৌহুনা মঙোন্দা থিংজিন্দুনা থম্নবা হোৎনবনি কনি কাম্নগনি জারবা চিংনরবদা মপাঙ্থোংগী ইন্দ্রিয়শিংবু ফাজিন্দুনা থম্নকমু অমবু পরমাত্মাদা থিংজিন্দুনা থম্নরবনি মহুদগী ওইরকদবা দোষশিংহুনু ভগবান্না শ্লোক অমাদা অসুম্না তাকপিরি—

ধ্যাযতো বিষযান্ পুংসঃ সঙ্গস্তেষূপজাযতে।
সঙ্গাৎ সঞ্জাযতে কামঃ কামাৎ ক্রোধোঽভিজাযতে ॥ ৬২ ॥
ক্রোধাদ্ভবতি সংমোহঃ সংমোহাৎ স্মৃতিবিভ্রম ।
স্মৃতিভ্রংশাদ্ বুদ্ধিনাশো বুদ্ধিনাশাৎ প্রণশ্যতি ॥ ৬৩ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** :— বিষয়ান ধ্যায়ত =মপাঙ্থোংগী ইন্দ্রিয়শিংবু ফাজিন্দনা থম্নবসু সংসারগী ভোগ্য ওইবা পোৎশিংবু হন্না হন্না পূক্নীংদা নীংহুনা (খন্দুনা) লৈরিবা, পুংস —মী অহুগী, তেষু=ভোগ্য ওইবা পোৎশিংহুদা সঙ্গ উপজাযতে=মখোয়সিনা ঐবু নুংঙাইবা পীগনি হায়না অপাম্বা পোকই, সঙ্গাৎ=মতৌ অসুম্না অপাম্বা পোকপদগী, কাম সঞ্জায়তে—মখোয়সি ঐগী ওইসনু হায়বা খৌরাংবা পোকই কামাৎ=খৌরাংবা পোকপা অহুদগী ক্রোধ অভিজায়তে=মহু যংনবা হোৎনবদা লৈথায় থিনপাইবা লাক্লবদি পুক্নীংদা অশাউবা পোকই, ক্রোধাৎ=অশাউবা অহুদগী, সংমোহ—মসি তৌবা হৌবৈ হৌনসে খঙদবগী মশক ওইবা শুমহৎপা পোকই, সংমোহাৎ=শুমহৎপা অহুদগী, স্মৃতি-বিভ্রম—শাস্ত্র, আচার্য্যনচিংনা তাকখিবা বা পুম্নমক অহু পুমকাউ কাউই, স্মৃতিভ্রংশাৎ—ৱাশিংসু কাউখিবদগী, বুদ্ধিনাশ—অফ ফত্ত বিচার তৌনবা জীন মাঙই, বুদ্ধিনাশাৎ=মতৌ অসুম্না জ্ঞান মাঙখিবদগী প্রণ্যশতি—মী অহু লৈখা তাই, মহাক অশিবথা মান্নবা লৈ॥ ৬২, ৬৩॥

**অপুনবা অর্থ** :— মপাঙ্থোংগী মীংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংসু ফাজিন্দুনা থম্নবসু ভোগ্য ওইবা পোৎশিংবু হন-হন্না পুক্নীংদা নীংহুনা লৈরিবা মীগী পোৎশিংহুদা অপাম্বা পোকই, অপাম্বা অহুদগী

পোৎশিং অদু ত্রিগী ওইসনু হায়বা থৌয়াংবা অদুদগী মখোয়বু কনেবা-হোৎনবদা য়ৈথায়-থিনগাইবা লাক্লবদি পূক্নীংদা অশাউবা পোকই, অশাউবা অদুদগী মসি তৌবা হৌনে-হৌনদে খঙদবগী মশক ওইবা শুমহৎপা পোকই, পূক্নীং শুমহৎপা অদুদগী শাস্ত্র, আচার্য্যনচিংবনা তাকখিবা লম্বা পূম্নমক কাউই, অমিং অদুনু কাউখিবদগী অকনবগী বিচার তৌবকা জ্ঞান মাঙই, অদুগা অদু মাঙবদগী মী অদু লৈথা তাই ॥ ৬২, ৬৩ ॥

## অথুপ্পা বা

শ্লোক অনীসিদা ভগবান্না সংসারগী পোৎশিংদা য়াম্না পূক্নীং থিংজিন্দুনা লৈবা মীশিংগী মমৈথংদা ওইগদবা য়াম্না ফত্তবা মহৈ অদুবু নীংথিনা তাকলি। ভোগ্য ওইবা পোৎশিংবু য়াম্না পামদুনা লৈবা মী শিংনা মশাগী কান্নববা অফবা থবক তৌদনা, পোৎশিংদুবু ফংনবা রাখল তৌদুনা মতম লেপ্পী অমসুং, মদুগীদমক নত্ত-নত্তবা উপায় থিদুনা মদু তৌবদা পূক্নীং থিংজিন্নী অদুগা মদুদা করিগুম্বা য়ৈথায় থিনগাইবা তৌবা মী লাক্লবদি, য়াম্না শাউদুনা হাৎপা, মদু চৈবনচিংবা তৌরগা মীদুবু মাগী লম্বীদগী লোথোক্লবা হোৎনৈ। অশাউবা মীনা মতম অদুদা মাগী অফ ফত্ত বিচার তৌনবা বুদ্ধি মাঙখিবদগী মাগী কান্নবদা তৌরিবা অমসুং খল্লিবা অহল লমন ফাওবদুসু করিমত্ত উশিং থোৎইনা তৌদে। মতৌ অসুম্না বুদ্ধি মাঙবদগী মীনা য়াম্না লৈখা তাদুনা লৈ হায়বসিদি ব্যবহারদা য়াম্না উদুনা লৈরিবনি। মরম অসিনা সংসারগী ভোগ্য ওইবা পো শিংদা য়াম্না পাম্নসিবু জ্ঞান তাবা মী শিংনা থাদোক্লবা শোয়দনা হোৎনগদবনি। নত্তবা অমসুং ফত্তবা থবক তৌদনা অফবা থবক্তা তৌরগা মদুদগী ফংলিবা পোৎ চৈশিংদুনা পেন্দুনা লৈগদবনি, মতুংদা পূক্নীং শেংদোক্নুনা আত্মজ্ঞান ফংনবা য়তীক ফংগনি। স্থিতপ্রজ্ঞ ওইবা জ্ঞানীশিংদি মসি পুম্নমক্কসিবু নীংথিনা খঙবা মরমদগী সমাধিদগী হৌগত্নুনা ব্যবহার তৌদুনা লৈবা মতমদসু সংসারগী পোৎশিংদা পূক্নীং থিংজিন্দে, ইন্দ্রিয় পুম্নমকপু ফাজিন্দুনা মশাগী মশক ওইবা পরমাত্মাদা মন থিংজিন্দুনা থম্মী অমসুং অমুক হন্না সমাধিদা লাকুরা হোৎনৈ। মতৌ অসুম্না স্থিতপ্রজ্ঞগী ব্যবহারগী মতমদা লৈবা মওঙ অদু তাক্নুনা ভগবান্না "কিমাসীত" হায়না অর্জুন্না হংখিবা ওয়াহংদুগী পাউখুম পীরে ॥ ৬২, ৬৩ ॥

প্রারব্ধ কর্ম্মগী মতুং ইন্না মপান্থোংগী ইন্দ্রিয়শিং মখোয়-মখোয়গী বিষয়শিংবু লোদুনা লৈরবসু মন কাজিন্দুনা থম্লবদি দোষ লৈতে হায়বা তাক্নুনা ভগবান্না "কিং ব্রজেত" হায়বা অর্জুন্না হংখিবা স্থিতপ্রজ্ঞগী লমচৎ অদুবু হৌজিক মথাগী শ্লোক অনীনা তাকপীরি —

রাগদ্বেষবিযুক্তৈস্তু বিষয়ানিন্দ্রিয়ৈশ্চরন্।
আত্মবশ্যৈর্বিধেয়াত্মা প্রসাদমধিগচ্ছতি ॥ ৬৪ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— বিধেয়াত্মা তু=মনবু কাজিন্দুনা [illegible] চন্দুনা থম্লিবা মীদি (স্থিতপ্রজ্ঞদি), আত্মবশ্যৈঃ —মনগী মথা পোন্দুনা লৈরিবা, রাগদ্বেষবি[illegible]=অমসুং অপাম্বা পোত্ত য়ুংশিবা

অমসুং পামদবা পোত্ত য়েংথিবা লৈত্রবা, ইন্দ্রিয়ৈ—জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা অমসুং কর্ম্মেন্দ্রিয় মঙাগী মতেংদগী, বিষয়ান=শাস্ত্রনা থিংদবা ভোগ্য ওইবা পোৎশিংবু, চরন—উপভোগ তৌহুনা লৈরবসু, প্রসাদ, অধিগচ্ছতি—মনগী তরু তরুবা অশেংবা শকফম অহু ফংহুনা লৈ। ৬৪॥

অপূনর্‌ব্া অর্থ,—মনবু কাজিল্লগা খুহুম চন্দুনা থম্লিবা মীদি মনগী মথা পোন্দুনা লৈরিবা অমসু অপাম্বা পোত্ত নুংশিবা (রাগ) অহুগা পামদবা পোত্ত য়েথিবা (দ্বেষ) লৈত্রবা ইন্দ্রিয়-শিংগী মতেং লৌদুনা ভোগ্য ওইবা পোংশিংবু উপভোগ তৌহুনা লৈরবসু মনগী অশেংবা শকফমহু ফংহুনা লৈ॥ ৬৪।

অথপ্পা বা

মনবু লাকশিন্দুনা খুহুম চন্দুনা থম্বা ঙমদবা মীনা মপাম্বোংগী জ্ঞানেন্দ্রিয় অমসুং কর্ম্মেন্দ্রিয়শিং ফাজিন্দুনা থম্লবসু অপাম্বা পোত্ত নুংশিনা অমসুং পামদবা পোত্ত য়েংথিনা লৈবা মনগী মতেং লৌদুনা অপাম্বা পোৎশিংগী রাখল তৌহুনা লৈ মহুদগী মহাক ফংহৈবা পোৎ (আত্মজ্ঞান) ফংদনা পুন্সিচুপ্পা অরেম্বা রাখল তৌরগা অরা অনা ফংহুনা লৈ। অহুগা মনবু লাকশিল্লগা খুহুম চন্দুনা থম্বা মীদি মতম পূম্নমক্তা পেন্দুনা লৈবা মরমদগী রাগ-দ্বেষ লৈত্রবা মপাম্বোংগী ইন্দ্রিয়শিংগী মতেং লৌদুনা শাস্ত্রনা থিংদবা অমসুং ব্যবহারদসু কায়দবা অফংবা পোৎশিংবু উপভোগ তৌহুনা লৈরবসু মন শেংনা লৈবা মরমদগী আত্মচিন্তন তৌহুনা পুক্নীং মকা লাম্না লৈ, মাগী বুদ্ধি চোইদে। মসি স্থিতপ্রজ্ঞ ওইবা মী শিংগী ব্যবহার তৌবা মতমগী লমচৎনি। হিংহুনা লৈরিবা মতম অহুক্কী মথে সংসারগী ভোগ্য ওইবা পোৎশিংবু উপভোগ তৌহুনা লৈবসিদি জীব পুম্নমক্কী হৌনশা ওইরিবনি মহুবু কনা অমত্তনসু থাদোকপা ঙমদে। অহুবু মহু করম্না উপভোগ তৌগদগে হায়বসিবু সাধক ওইবা মী শিংনা স্থিতপ্রজ্ঞ জ্ঞানীশিংগী লমচৎ লৌদুনা তমগদবনি অমসুং মখোয়গী জীবন্দা মহু নীংথিনা শীজিন্নগদবনি হায়বসি ভগবান্না শ্লোক অসিদা তাক্লিবনি॥ ৬৪॥

সাধকনা স্থিতপ্রজ্ঞগী মতৌ তমহুনা চৎলগা মনগী অশেংবা শকফম ফংলিবা অহুদগী মঙোন্দা করি করি কান্নবা লাক্কনি হায়না হংলবদা মহুগী পাউখুমবু ভগবান্না অস্থুম্না পীরি।

প্রসাদে সর্ব্বদুঃখানাং হানিরস্যোপজায়তে।
প্রসন্নচেতসো হ্যাশু বুদ্ধিঃ পর্য্যবতিষ্ঠতে॥ ৬৫॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — প্রসাদে=মন (পুক্নীং) তরু তরুনা লৈরবদি, অস্য=মী অহুগী সর্ব্বদুঃখানাং—আধ্যাত্মিক আধিভৌতিক অমসুং আধিদৈবিক অরাবা পুম্নমক, হানি উপজায়তে=পুমকোক কোকই, প্রসন্নচেতস—অহুগা পুক্নীং মকা লাম্না অমসুং শেংনা লৈবা মীগী, আশু হি=য়াম্না থুনা লেপ্পুমুক্ত বুদ্ধি, পর্য্যবতিষ্ঠতে=বুদ্ধি মহু ব্রহ্ম অমসুং আত্মাগী অমত্ত ওইবা মওঙদা (ঐ ব্রহ্মমরি হায়না লেপ্পুনা) লেঙদনা লৈ॥ ৬৫॥

**অপুনবা অর্থ :**— পুক্নী, মকা লায়া শেংনা লৈরবদি মী অদুগী অরাবা পুম্নমক পুম্থাঙ মাঙই, অদুগা পুক্নী শেংনা মুংঙাইনা লৈবা মীগী বুদ্ধি অদু য়াম্না থুনমক ব্রহ্ম অমসুং আত্মাগী অমত্ত ওইবা মক্তুংদা ( সমাধিদা ) লেপ্তনবা লৈ ॥ ৬৫ ॥

মতৌ অসুম্না মনবু লাকশিন্দুনা শেংনা থম্বা ঙম্বা মী স্থিতপ্রজ্ঞ ওইবা ঙম্মী হায়বসি তাক্লগা যৌজিক ভগবান্না মনবু লাকশিন্দুনা শেংনা থম্বা ঙমদবা মী স্থিতপ্রজ্ঞ ওইবা ঙমদে হায়বসি তাকলি :—

নাস্তি বুদ্ধিরযুক্তস্য ন চাযুক্তস্য ভাবনা।
ন চাভাবয়তঃ শান্তিরশান্তস্য কুতঃ সুখম্ ॥ ৬৬ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা :**— অযুক্তস্য=মনবু লাকশিন্দুনা শেংবা থম্বা ঙমদবা মীগী, বুদ্ধি নাস্তি= আত্মাগী মরমদা শ্রবণ মননগী মশক ওইবা বিচার তৌবদগী পোকপা জ্ঞান লৈতে, চ=অদুগা অসিগুম্বা বিচারদগী পোকপা জ্ঞান লৈতবা মরম্না অযুক্তস্য=মনবু লাকশিন্দুনা থম্বা ঙমদবা মী অদুগী, ভাবনা ন=অতোপ্পা রাখল তৌদনা আত্মাদবু নীংদুনা থম্বগী মশক নিদিধ্যাসন (সমাধি) ওইবা ভাবনা লৈতে অভাবয়ত চ=অদুগা নিদিধ্যাসন তৌদুনা আত্মাবু নীংদ্রিবা মী অদুগী, শান্তি ন=আত্মসাক্ষাৎকার তৌদুনা সংসারগী অৱা অনা কোকপগী মশক ওইবা শান্তি ( আত্মা নত্তবা পোং অমত্ত লৈতে লেপ্তুনা পুক্নী তপথবা ) লৈতে, অশান্তস্য=পুক্নী তপথনা লৈতবা মী অদুগী, কুত সুখ =আত্মাগী মশক ওইনা লেঙদনা লৈবা নুংঙাইবদু কদায়দগী লাক্কনি ॥ ৬৬ ॥

**অপুনবা অর্থ :**—মনবু লাকশিন্দুনা থম্বা ঙমদবা মীগী পুক্নীংদা শ্রবণনচিংবা তৌবদগী পোকপা আত্মজ্ঞান লৈতে মদু লৈতবদগী মন লাকশিন্না থম্বা ঙমদবা মী অদুগী নিদিধ্যাসনগী মশক ওইবা ভাবনাসু লৈতে, অদুগা নিদিধ্যাসন তৌদুনা আত্মাবু নীংদবা মী অদুগী পুক্নী তপথনা লৈবগী মশক ওইবা শান্তি লৈতে, মতৌ অসুম্না শান্তিদু লৈতবা মীগী লেঙদনা লৈবা নুংঙাইবা কদায়দগী লাক্কনি ॥ ৬৬ ॥

অথুপ্পা বা

মনবু লাকশিন্দুনা থম্বা ঙমদবা অমসুং সংসারগী ভোগ্য ওইবা পোৎশিংবু ফংনবা মতম পুম্নমক্তা খন্দুনা লৈবা মশিংগী পুক্নী যাম্না চোইনা লৈ। মরম অদুদগী মখোয়না করিগুম্বা মতমদসু "ঐ কনানো, করম তৌনা পোকপা শিবা নাইদুনা লৈরিবনো অমসুং করম্বা উপায় তৌরগা অৱা-অনাগী মশক ওইবা সংসারসিদগী লাম্থোকপা ঙমগনি" অসিনচিংবগী মরমদা থক বিচার তৌদে। অসিগুম্বা রাখলসি মখোয়দা লাক্তবা মরম্না মখোয়না সৎসঙ্গ তৌদুনা আত্মাগী মরমদা ভাদবদগী (শ্রবণ তৌদবদগী) অমসুং আত্মাবু তাকপা লাইরিকশিং পাদবদগী শ্রবণ অমসুং বিচারগী মশক ওইবা মননদগী ওইরক্তবা আত্মজ্ঞান ফংবা ঙমদে। জ্ঞান অসিবু শৈত্রবদি আত্মাবু নীংদুনা

নিদিধ্যাসন ( সমাধি ) তৌরুবা হোংনবসিদি মখোয়দগী য়ায়া থাদ্রা লৈ। মরম অসিদগী মখোয়না আত্মাগী মশক ওইবা লেঙদবা শু্ঙাইবত্ত ফংবা ঙমদে। মখোয়না সংসারগী লোংশিংদগী শুংঙাইবা খরদ ফংলিবা অহুমক্তবু শুঙাইবনি খল্লী, অশেংবমক্তি মহু অবারগী মশক্তি ; বিবেক লৈতবা ( মহুগী মরমদা মী খিদ্রা বিচার তৌদবা ) মরমদগী মহুবু শুংঙাইবনি খল্লীবনি ॥ ৬৬ ॥

মনবু লাকশিন্দুনা শেংনা থম্বা ঙমদবা মীগী আত্মাগী মরমদা বিচার তৌবদগী পোকপা বুদ্ধি করি মরমদগী ওইহ্রিবনো হায়না চিংনরবদা মহুগী পাউখুম ভগবান্না অস্থুম্না পীরি—

ইন্দ্রিয়াণাং হি চরতাং যন্মনোঽনুবিধীয়তে ।
তদস্য হরতি প্রজ্ঞাং বায়ুর্নাবমিবাম্ভসি ॥ ৬৭ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— হি=মন লাকশিন্দুনা থমদবা মীগী আত্মাগী মরমদা বুদ্ধি ওইদবগী মরমদি অসিনি, চরতাং ইন্দ্রিয়াণাং—মখোয় মখোয়না লৌবা ভস্বা পোংশিংদা চত্নুনা লৈরিবা ইন্দ্রিয়শিং অহুগী মনুংদা, যৎ অনু—ইন্দ্রিয় অমত্ত গীস্থু মতুং ইন্দুনা মনঃ বিধীয়তে=মন চঙশিল্লবদি, তৎ—মনগী মতু ইন্দুনা চংলিবা ইন্দ্রিয় অহনা, অম্ভসি=ঈশিংদা, বায়ু নাবং ইব—নুংশিংনা হিবু হুমহুনা পুবগী মতোঙুম্না, অস্য—সাধক ওইবা মী অহুগী, প্রজ্ঞা, হরতি —আত্মাগী মরমদা ওইগদবা বুদ্ধিহুবু লৌথোকই ॥ ৬৭ ॥

অপুনবা অর্থ ঃ— মনবু লাকশিনবা ঙমদবা মীগী আত্মবুদ্ধি তৌবা ঙমদবগী মরমদি অসিনি— মখোয় মখোয়না লৌবা য়াবা পোংশিংদা চত্নুনা লৈরিবা ইন্দ্রিয়শিংগী মনুংদা ইন্দ্রিয় অমত্তংগীস্থু মতুং ইন্দুনা মন অসি চংলবদি মন মতুং ইন্দুনা চংলিবা ইন্দ্রিয় অহনা ঈশিংদা হিবু নুংশিংনা হুমহুনা পুবগী মতোঙুম্না মী অহুগী আত্মাগী মরমদা ওইগদবা বুদ্ধি অহুবু লৌথোকই ॥ ৬৭ ॥

মতৌ অস্থুম্না মন অমস্থুং ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশিন্দুনা খুহুম চন্না থম্বা ঙমহ্রবদি আত্মজ্ঞান ফংবা ঙমদে হায়বসি তাক্লগা হৌজিক ভগবান্না মৃথক্তা হায়রিবা য়াশিংহুবু লোইশিন্দুনা অস্থুম্না হায়রি—

তস্মাদ্ যস্য মহাবাহো নিগৃহীতানি সর্ব্বশঃ ।
ইন্দ্রিয়াণীন্দ্রিয়ার্থেভ্যস্তস্য প্রজ্ঞা প্রতিষ্ঠিতা ॥ ৬৮ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— তস্মাৎ=মরম অসিদগী, মহাবাহো=পাম্বোম চাউবা ( পাঙ্গল কনবা ) হে অর্জুন ! যস্য—মী অহুগী, ইন্দ্রিয়াণি—জ্ঞানেন্দ্রিয়শিং অমস্থুং কর্ম্মেন্দ্রিয়শিং, ইন্দ্রিয়ার্থেভ্যঃ— মখোয় মখোয়না লৌগদবা পোংশিংদগী, সর্ব্বশ—মপুং ফাদ্রা নীংথিনা, নিগৃহীতানি=ফাজিন্দুনা লৈ, তস্য—মহাক্তী, প্রজ্ঞা প্রতিষ্ঠিতা=বুদ্ধি অহ আত্মাদা লেঙদনা লৈ ॥ ৬৮ ॥

অপুনবা অর্থ ঃ— মরম অসিদগী হে পাঙ্গল কনবা অর্জুন ! মী অহুগী ইন্দ্রিয়শিংনা মখোয়না লৌগদবা পোংশিংদগী মপুং ফানা ফাজিন্দুনা লৈ, অহুগুম্বা মী অহুগী বুদ্ধি আত্মাদা লেঙদনা লৈ ॥ ৬৮ ॥

## অথুপ্পা বা

মকম অসিদা ভগবান্না অর্জ্জুনবু "পাগল চাউবা" কৌহনা হায়বগী মরমদি অর্জুনসি য়েক্কবশিংবু জয় তৌহনা অমসুং লাকশিন্দুনা থম্না ডম্বনি হায়বসি ফাওরিবনি। মরম অদিনা আত্মাগী জ্ঞান ফংনবা হোৎনবদা য়েক্কবা ওইনা লৈরিবা মন অমসুং ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশিন্দুনা থম্বদা মাইকৈমক খোইনা কনবা (লুবা) থবক মত্তে তাকপনি। মতৌ অসুম্না সাধক ওইবা মীমপু ব্রহ্মচার্য্যনচিংবা ধর্ম্ম ডাক্তনা পাগল কয়া লৈরবদি ইন্দ্রিয়শিংবু জয় তৌনবা হোৎনরগা আত্মজ্ঞান ফংবা ডমগনি হায়খসিদা চিংনফম লৈতে। মতৌ অসুম্না ভগবান্না অর্জুনবু তাকখ্রিবা বা-শিংসিদগী ঐখোয়না স্থিতপ্রজ্ঞ ওইহনা লৈবা জ্ঞানীগীদি মন অমসুং ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশিন্দুনা থম্বসি হৌমশা ওইবা মওংনি, অহুপা সাধকশিংগীদি মসি স্থিতপ্রজ্ঞ ওইনবা সাধননি হায়বা খঙগদবনি ॥ ৬৮ ॥

স্থিতপ্রজ্ঞ ওইবা মীগী সংসারগী মরম ওইহনা লৈরম্বা অজ্ঞান অহ মাওখিবা মরমদগী সমাধিদগী হৌগত্তুনা ব্যবহার তৌবা মতমদা মানা সংসার অসিবু কয়মা উই অমসুং কয়ম্বা কৌবমদা লৈ হায়কসি হৌজিক ভগবান্না তাকলি—

যা নিশা সর্ব্বভূতানাং তস্যাং জাগর্ত্তি সংযমী।<br>যস্যাং জাগ্রতি ভূতানি সা নিশা পশ্যতো মুনেঃ॥ ৬৯ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— সর্ব্বভূতানাং—আত্মাগী মশক খঙদবা অজ্ঞানী ওইবা জীবশিংগীদি, যা নিশা = বেদান্তগী "তত্ত্বমসি" অসিনচিংবা বাহৈশিংদগী পোকপা "ঐ ব্রহ্মমক্তি" হায়বা বুদ্ধি (ব্রহ্মবিদ্যা) অসি অহিংগী মতৌগুম্বনি (মরমদি বুদ্ধিসি মখোয়দা লৈতবদগী মখোয়না মসিবু অমম্বা অহিংগুম্না উই) তস্যাং = অজ্ঞানীশিংগী অহিং ওইনা লৈরিবা ব্রহ্মবিদ্যা অহদা সংযমী—মন ইন্দ্রিয়নচিংবা পুম্নমক্তপু লাকশিন্দুনা থম্লিবা স্থিতপ্রজ্ঞজ্ঞানী, জাগর্ত্তি = অজ্ঞানগী মশক ওইবা তুম্বদগী হৌগত্তুনা লৈ, যস্যাং—অহগা সংসার উবা মরমদগী মুংথিলগুম্না লৈবা অজ্ঞানগী অবস্থাদা (অবিদ্যাদা) তুমদুনা লৈরবমু, ভূতানি—অজ্ঞানী ওইবা জীবশিং, জাগ্রতি = হৌগত্তুনা সংসারগী থবক তৌহনা লৈ, সা—অজ্ঞানী শিংগী মুংথিল ওইনা লৈরিবা অবিদ্যা অহ, পশ্যত মুনে—আত্মাবু সাক্ষাৎকার তৌহনা (শংশওনা খঙহনা) লৈবা মুনিগীদি (স্থিতপ্রজ্ঞগীদি), নিশা—অহিংনি (অহিংগী মতৌগুম্না অমম্বনি) ॥৬৯॥

অপুনবা অর্থ ঃ— আত্মাগী মশক খঙদবা থবায় পানবা পুম্নমক্তী অহিংগী মশক ওইবা ব্রহ্মবিদ্যাদা ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশিন্দুনা থম্লিবা স্থিতপ্রজ্ঞ জ্ঞানী মীৎকপ থোক্তুনা লৈ, অহগা অজ্ঞানীশিংনা মুংথিলনি থম্নুনা থবক ইনখাং তৌহনা লৈরিবা অজ্ঞানগী অবস্থা (অবিদ্যা) অহ আত্মাবু সাক্ষাৎকার তৌহনা লৈবা স্থিতপ্রজ্ঞ মুনিগী অহিংনি ॥ ৬৯ ॥

## অথুপ্পা বা

অজ্ঞানী অমসুং জ্ঞানী অনীসিগী ব্যবহার য়াম্না খেন্নৈ। অজ্ঞানীনা অবিদ্যাগী (অজ্ঞানগী) অবস্থাবু মুংথিলগী মতৌগুম্না মঙাল লৈবনি অমসুং মহৌদগী সংসার উরিবনি থম্নী, অদুগা বিদ্যাগী

( জ্ঞানগী ) অবস্থাবু মঙাল লৈতবা অমম্বা অহিংগী মতৌগুম নীংই , অদুবু জ্ঞানীদি মসিগী ওন্ন-তৈননা খঙই। বিচার তৌদুনা য়েংলবদি অজ্ঞানীসি মকুগী মতৌগুম্বনি। মকুনা মুমিংকী মঙাল লৈরবা মুংথিলবু অমম্বা অহিংনি খন্দূনা মদুদা তুমিন্না তুমদুনা লৈ, অদুগা মুমিংকী মঙাল লৈতবা অমম্বা অহিংবু মঙাল লৈবা মু থিন্নি খন্দুনা মদুদা কোয়চং চংলগা চান থক্লবা মচীঞ্জাক থি। মতৌ অদুগুম্না অজ্ঞানীশিংস্থু ব্রহ্মবিদ্যাগী মশক ওইবা মঙাল লৈবা মুংথিলবু অমম্বা অহিংনি খন্দুনা মদুদা করিমত্তা তৌদনা লৈ অদুগা অমম্বগী মশক ওইবা অবিদ্যাগী ( অজ্ঞানগী ) অবস্থাবু মঙাল লৈবা মুংখিন্নি নীদুনা মদুদা সংসারগী মখল মখা অয়াম্বা থবক তৌদুনা লৈ। অশেংবমক্তি মখোয় মঙাল লৈতবা অবিদ্যাগী মশক ওইবা অহিংদা তূমদূনা লৈরিবমি অমস্থুং মঙগুম্না সংসারগী থবক তৌরিবনি। অহিংদা মীনা তূমদূনা লৈরগা মঙ মঙবা মতমদা হৌগত্ত না মুমিংকী মঙান্দা থবক তৌবগুম্না অজ্ঞানীশিংস্থ অবিদ্যাগী অহিংদা তুমদূনা লৈরগা মঙগুম্না সংসারদা থবক তৌদুনা লৈরিবনি, অদুগা মদুবু মখোয়না মঙমি হায়না খঙদনা অচুম্বনি নীংলিবনি। অদুগা ব্রহ্মবিদ্যাদা হৌগত্তূনা লৈবা জ্ঞানীদি অজ্ঞানীশিংনা অবিদ্যাগী অবস্থাদা উরিবা সংসারসিবু মঙগী সংসারনি অচুম্বা নত্তে লেপ্তুনা ব্রহ্ম নত্তবা অতোপ্পা পোং অমত্ত যেংদে, মহাক্কী মীংযেংদা আত্মাগী মশক ওইবা ব্রহ্ম নত্তবা সংসার লৈতে। থৌরী মকক্কা লিল উবগুম অমস্থুং মরুভূমিবু ( লৈঙোইগী লমজাউবু ) ঈশিংনি খঙবগুম অজ্ঞান্না মরম ওইদুনা ব্রহ্মদা স সারসি উরিবনি অমস্থুং ব্রহ্মমকপু সংসারনি খঙবনি অশেংবমক্তি ব্রহ্ম নত্তবা সংসার কোবা পোং লৈতে হায়বা মাক্না নীংথিনা খঙই। অদুগ্না অজ্ঞানীশিংদি সংসারগী আশ্রয় ওইদুনা লৈরিবা ব্রহ্মবু খঙদনা মদুদা আরোপ তৌদুনা লৈরিবা সংসারসিবু খঙলগা মদু সত্যনি লেপ্তূনা থবক পুম্নমক তৌদুনা লৈ অমস্থুং মদুগী মুহৈ ওইনা পোক্ল শিরা তৌদুনা অৱা অনা ফংই। মরম অসিনা ব্রহ্মবিদ্যাগী অবস্থা অজ্ঞানীশিংগী অহিংনি অদুগ্না অবিদ্যাগী অবস্থা জ্ঞানীশিংগী অহিংনি হায়না ভগবান্না অর্জুনগী মফমদা তাক্লিবনি ॥ ৬৯ ॥

স্থিতপ্রজ্ঞ ওইবা জ্ঞানীনা জীবন্মুক্তগী অবস্থাদা লৈবা মতমদা প্রারব্ধ কর্ম্মগী মতুং ইন্না ফংলিবা ভোগ্য ওইবা পোং পুম্নমকপু শীজিন্নদূনা অমস্থুং চাবা-থকপা তৌদূনা লৈরবস্থ মাগী পুক্নীং অহ লেঙঙনা লৈ, পোংশিংদুনা মা꯭ হাইথহনবা ঙমদে হায়বসি হৌজিক ভগবান্না খুদম্গা লোয়ননা তাক্লি—

আপূর্য্যমাণমচলপ্রতিষ্ঠং
সমুদ্রমাপঃ প্রবিশন্তি যদ্বৎ।
তদ্বৎ কামা যং প্রবিশন্তিসর্ব্বে
স শান্তিমাপ্নোতি ন কামকামী ॥ ৭০ ॥

জীব পুম্নমকসি ফোংদোক্লকই অমসুং মখোয়গী উপাধি ওইবা অবিদ্যা মাংখিবদগী ব্রহ্মনী অমুক হন্না তিল্লী।" **"এতস্মাজ্জায়তে প্রাণো মনঃ সর্ব্বেন্দ্রিয়াণি চ খং বায়ুর্জ্যোতিরাপঃ পৃথিবী বিশ্বস্য ধারিণী"** (মু উ ১।৩।৩)— "মায়াবু উপাধি ওইনা লৌদুনা লৈরিবা অক্ষর ব্রহ্মসিদগী প্রাণ, মন অমসুং, ইন্দ্রিয় পুম্নমক পোক্লকই অহুগা আকাশ নুংশিং, মৈ, ঈশিং অমসুং পুম্নমকপু পুহুনা লৈবী পৃথিবসু পোক্লকই।" **"যতো বা ইমানি ভূতানি জায়ন্তে, যেন জাতানি জীবন্তি, যৎপ্রয়ন্ত্যভিসম্বিশন্তি, তদ্বিজিজ্ঞাসস্ব, তদব্রহ্ম"** (তৈ উ ৩।১।১)— "মহুদগী অচৎ চত্ত তাইবংপানবা পুম্নমকসি পোক্লকই, মহুনা মরম ওইহুনা তাইবংপানবা পুম্নমক হিংহুনা লৈ অমসুং প্রলয়গী মতমদা অমুক হন্না মহুদা পুম্নমকসি তিল্লী মহুবু খংনবা হোৎনৌ, মহু ব্রহ্মনি।" মতৌ অসুম্না শ্রুতিশিংনা তাকলিবা ব্রহ্মসিদগী মশাবু অতোপ্পা অমা নত্তে লেপ্পুনা লৈবা স্থিতপ্রজ্ঞ জ্ঞানীনা মঙোন্দগী অতোপ্পা ভোগ্য ওইবা পোৎশিং লৈ হায়বসি নীংদে (খন্দে)। মরম অসিনা প্রারব্ধ কর্ম্মগী মতুং ইন্না হিংহুনা লৈরিঙৈগী মতমদা মঙোন্দা ভোগ্য ওইবা পো শিং লাক্লবসু মহুদগী মহাক করিমত্ত ময়াই কাদে লাক্লবসু নুংঙাইতবা তৌদে, মতম পুম্নমক্তা মশাগী লেঙদবা ফীবম অহুদা লৈ, মহুদগী মহাক প্রারব্ধ কর্ম্ম লোইবমক্তদা পরমশান্তিগী মশক ওইবা কৈবল্য মোক্ষ যংহুনা ব্রহ্ম ওইনা লৈ ॥ ৭ ॥

স্থিতপ্রজ্ঞ জ্ঞানীনা ব্যবহারদা করম্না আচরণ তৌই হায়বসিগী মরমদা অর্জুনা **"কিং ব্রজেত"** হায়না হংখিবহুগী পাউখুমবু লোইশিন্দুনা ভগবান্না অসুম্না হায়রি—

বিহায় কামান্ য সর্ব্বান্ পুমাংশ্চরতি নিঃস্পৃহঃ।
নির্ম্মমো নিরহঙ্কারঃ স শান্তিমধিগচ্ছতি ॥ ৭১ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা :**— য পুমান—মী অহুনা, সর্ব্বান কামান—অপাম্বা পুম্নমকপু (লল থুমগী অপাম্বা, মচা মশূগী অপাম্বা অমসুং স্বর্গনচিংবা লোককী অপাম্বা— অহুমসিবু), বিহায়—থাদোক্লগা, নিঃস্পৃহ =ভোগ্য ওইবা পোৎশিংদা মিহৌবা তৌদনা, নির্ম্মম —পো শি অহুবু ঐগীনি হায়না খন্দনা, নিরহঙ্কার —অমসুং পোৎশিং অহুগী মরমদা চাউথোকপা লৈতনা, চরতি—প্রারব্ধ কর্ম্মগী মতুং ইন্না ফংলিবা পোৎশিংহুগী উপভোগ তৌহুনা লৈ, সঃ —অহুম্না লৈরিবা মহাক্না, শান্তিং অধিগচ্ছতি— মোক্ষ ওইবা পরমশান্তিবু ফংই। ৭১।

অপুনবা **অর্থ :**— মী অহুনা সংসারগী অপাম্বা পুম্নমকপু থাদোক্লগা মিহৌবা তৌদনা, ঐগীনি হায়বা খন্দনা অমসুং চাউথোকপা লৈতনা প্রারব্ধ কর্ম্মগী মতুং ইন্না ফংলিবা পোৎ পুম্নমক অহুগী উপভোগ তৌহুনা লৈ, অসুম্না লৈরিবা মহাক্না মোক্ষ ওইবা শান্তিবু ফংই। ৭১।

মতৌ অসুম্না অর্জুনা স্থিতপ্রজ্ঞগী মরমদা হংখিবা বাহং যরিগী মওং মতৌনচিংবা পুম্নমকপু তাক্লগা মহুবু সাধকশিংনা মখোয়গী সাধন ওইনা অভ্যাস তৌহুনা ফংনবা হোৎনগদবনি হায়বা,সিবুসু

খঙহল্লগা হৌজিক কর্ম্মযোগগী ফল ওইনা ফংলিবা জ্ঞানযোগবু থাগত্তুনা ভগবান্না অধ্যায়সিবু অম্মুন্না লোইশিন্নি—

এষা ব্রাহ্মী স্থিতিঃ পার্থ নৈনাং প্রাপ্য বিমুহ্যতি।
স্থিত্বাঽস্যামন্তকালেঽপি ব্রহ্মনির্ব্বাণমৃচ্ছতি ॥৭২॥

ইতি শ্রীমদ্ভগবদগীতাসূপনিষৎসু ব্রহ্মবিদ্যায়াং যোগশাস্ত্রে
শ্রীকৃষ্ণার্জ্জুনসংবাদে সাংখ্যযোগো নাম দ্বিতীয়োঽধ্যায় ॥২॥

অন্বয় ব্যাখ্যা —পার্থ—পৃথাগী মচা হে অর্জ্জুন! এষা—স্থিতপ্রজ্ঞগী মওঙ মতৌ ওইবা মথক্তা হায়খ্রিবা সাংখ্যবুদ্ধি অসি, ব্রাহ্মী স্থিতি=ব্রহ্মগী মশক ওইনা লৈবগী ফীবমনি, এনাং প্রাপ্য=মী অহনা ফীবম অসিবু ফংলগা, ন বিমুহ্যতি=মহাক অক্ষান্না মরম ওইহনা লৈরিবা সংসারগী পো শিংদা অমুক হয়া শুমহত্তুনা লৈতে, অন্তকালে অপি—শিরমদাই য়ৌরক্লবা মতম ফাওবদসু, অস্যাং স্থিত্বা=ফীবম অসিদা লৈরগা শিরবদি (কনাগুম্বা মরাইবক ফবা মীনা শিরমদাই মতমদসু ব্রহ্মজ্ঞান ফংবা ঙম্লবদি), ব্রহ্মনির্ব্বাণং—ব্রহ্মগী মশক ওইবা কৈবল্য মোক্ষবু, ঋচ্ছতি—মহাক্না ফংই (মরম অসিনা ব্রহ্মচর্য্যাশ্রমনচিংবদগী হৌহনা হোংনরগা অহানবদগী সাংখ্যবুদ্ধিসিবু ফংহনা লৈরিবা মী অহনগীদি প্রারব্ধ কর্ম্ম লোইবমক্তদা কৈবল্য মোক্ষ ফংই হায়রবসিগী মরমদদি করি অমুক হায়গনি?) ॥ ৭২ ॥

অপুনবা অর্থ :— হে অর্জ্জুন! মথক্তা হায়খ্রিবা সাংখ্যবুদ্ধিসি ব্রহ্মগী মশক ওইনা লৈবগী ফীবমনি, ফীবম অসিবু ফংলবা মী অহ সংসারগী পোংশিংদা অমুক হন্না শুমহত্তুনা লৈতে। শিরমদাইগী মতম ফাওবদসু ফীবম অসিবু ফংলগা শিরবদি মহাক্না ব্রহ্মগী মশক ওইবা কৈবল্য মোক্ষবু ফংই ॥ ৭২ ॥

শ্রীভগবান্না শকপা উপনিষৎশিংদা ব্রহ্মবিদ্যাগী মশক ওইবা যোগশাস্ত্রগী মফমদা
অর্জ্জুন অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী রাহং পাউখুম ওইনা ডাংনবদা "সাংখ্যযোগ কৌবা
অনীশুবা অধ্যায়গী স্বামী যোগেন্দ্রানন্দনা ইবা অথুপ্পা রাগা
লোয়নবা অন্বয় ব্যাখ্যা লোইরে ॥ ২ ॥

—ॐ—



# শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতা

## ( তৃতীয়োঽধ্যায় )

### অহুমশুবা অধ্যায়

অহুমশুবা অধ্যায় অসি কর্ম্মযোগগীনি। অধ্যায় অসিনা জ্ঞাননিষ্ঠাগী উপায় ওইবা কর্ম্মযোগগী মরমদা ভগবান্না অর্জ্জুনগী মকমদা শুগাইনা তাকনি অমসুং কর্ম্মযোগহ্ তৌরগা জ্ঞাননিষ্ঠা ফংলবা হোৎলো হায়বসিবুসু নীংথিনা খঙহনগনি। মহুদা অনীশুবা অধ্যায়দা "অশোচ্যানন্বশোচস্ত্বং (২।১১) অসিনচিংবদগী হৌহুনা আত্মতত্ত্বগী অশেংবা মওং তাকলবা তুংদা ভগবান্না "এষ তেঽভিহিতা সাংখ্যে বুদ্ধির্যোগে ত্বিমাং শৃণু" (২।৩৯) অসিনচিংবদগী হৌহুনা কর্ম্মযোগগী মরমদা হায়রগা "কর্ম্মণ্যেবাধিকারস্তে মা তে সঙ্গোঽস্ত্বকর্ম্মণি" (২।৪৭) মসি কাওবদ অর্জ্জুনবু নিষ্কামকর্ম্ম তৌ হায়না তাকখি, অহুগা মতুংদা অমুক হন্না "দূরেণ হ্যবরং কর্ম্ম বুদ্ধি যোগাদ্ধনঞ্জয়" (২।৪৯) অসিনচিংবদগী হৌহুনা "এষা ব্রাহ্মী স্থিতিঃ পার্থ" (২।৭২) মসি ফাওবদা কর্ম্মযোগদগী জ্ঞানযোগনা য়াম্না হেন্না ফৈ হায়বসি তাকখি। মসিদ মতুনা "বুদ্ধৌশরণমন্বিচ্ছ" (২।৪৯) বুদ্ধিযোগদা চঙজনবা হোৎনৌ হায়নসু ভগবান্না অর্জ্জুনবু হায়বিখি। মতে অসুম্না ভগবান্না অনীথোক্না হায়বিখিবা অহুদা অর্জ্জুন্না কর্ম্মযোগদগী বুদ্ধিযোগনা হেন্না ফৈ খঙদু মহু থাদোক্লগা কর্ম্মযোগ তৌ তাকপসি করি মরমদগীনো হায়না চিংনবদগী মখ কোক্লবগীদম ভগবানগী মকমদা অসুম্না হংজরি—

**অর্জ্জুন উবাচ**

জ্যায়সী চেৎ কর্ম্মণস্তে মতা বুদ্ধির্জনার্দন।
তৎকিং কর্ম্মণি ঘোরে মাং নিযোজয়সি কেশব ॥ ১ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা :— অর্জ্জুন উবাচ — অর্জ্জুন্না হায়জখি — জনার্দন — ভক্তশিংগী অপায়বু পীনবে হে কৃষ্ণ ! কর্ম্মণ — কর্ম্মযোগদগী, বুদ্ধি — সাংখ্যবুদ্ধি ( জ্ঞানযোগ ), জ্যায়সী — থোইনা ফবনি হায়ব

তে মতা চেং=নহাক্কী মত ওইরবদি, তংকিং=করি মরমদগী, কেশব=কেশী কৌবা হি়চাববু হাংপা হে মাধব! ঘোরে কর্ম্মণি=হাংন থিন্নবনচিংবা য়াম্না যত্তবা থবকসিদা (লান অসিদা), মা় নিযোজয়সি=ঐবু ইনশিনবীরি ॥ ১ ॥

**অপুনবা অর্থ ঃ**— অর্জ্জুন্না হায়জখি— হে জনার্দন। কর্ম্মযোগদগী জ্ঞানযোগনা থোইনা হেন্না ফবনি হায়বসি নহাক্কী মত ওইরবদি করি মরমদগী, হে কেশব। মী হাংপন়চি়বা য়াম্না কত্তবা লানগী মশক ওইবা কর্ম্মসিদা ঐবু ইনশিনবীরি ।১।

**অথূপ্পা বা**

লান্দা অহল লমন গুরুনচি়ববু হাংপা শাগৈগী মচীন মনাওশি়বু হাংপা লে়মান্নবা মরূপ মপা়শি়বু হাংপা অমসুং নু়শিনা থম্লিবা মচা মশূশি়বু হাংপা অসিনচি়বা পুন্নমকসি খল্লগা লান তৌনী়দহুনা অর্জ্জুন্না লান তৌবনা ফগদ্রা নত্রগা তৌদবনা যগদ্রা হায়বসি খঙনী়ঢুনা ভগবানগী খুয়াদা চঙজরগ "শিষ্যস্তেঽহং শাধি মাং ত্বাং প্রপন্নম্" (২/৭) হায়না শিষ্য ওইঢুনা উপদেশ যং নবগীদমক ভগবান্দা লিবনি। মতুদা মহাকপু "ধর্ম্ম্যাদ্ধি যুদ্ধাচ্ছ্রেয়োঽন্যৎক্ষত্রিয়স্য ন বিদ্যতে" (২/৩১) "তস্মাদ যুদ্ধ্যস্ব তাবত" (২/১৮) অসিনচি়বা হায়দূনা ভগবান্না লান তৌনবা ইনশিল্লী, অতুগা অমরোমদা "দূরেণ হ্যবরং কর্ম্ম বুদ্ধিযোগাদ্ধনঞ্জয়। বুদ্ধৌ শরণমন্বিচ্ছ" (২/৪৯) অসিনচি়বা তাক্কুনা কর্ম্মযোগদগী জ্ঞানযোগনা হেন্না কৈ, (অহুন') জ্ঞানযোগদা চঙজনবা হোংনৌ— অসিনচি়বা হায়হুনা ভগবান্না জ্ঞানযোগবু য়াম্না থাগংলী। মসি পুন্নমকসি তান্নগা অর্জ্জুনগী পুক্নী়না চি়নবা পোকপসিদি শোয়দবনি। মরম অসিনা অর্জ্জু়ন্না মাগী চি়নবহু কোক্লবগীদমক মফম অসিদা অমুক হন্না হ়জরিবনি। মাগী ৱাহ়সিদা "জনার্দন অমসুং কেশব" হায়না কৌহুনা হায়জবগী অথূপ্পা মরমদি অসিনি— জনৈ পুরুষার্থমভ্যুদয়নি শ্রেয়সলক্ষণং অর্দ্যতে যাচাতে ইতি জনার্দনঃ"— "ভক্ত ওইবা মী শি়না পামজবা স্বর্গ অমসুং মোক্ষবু নিজফম ওইরিবা মহাক অহু জনাদননি অতুগা "ক –ব্রহ্মা, অ –বিষ্ণু, ঈশঃ–মহাদেব, যদ্বশেন বর্ত্তন্তে ইতি কেশব৹" অহুমসি মা়ী মখা পোন্দুনা লৈরিবা অন্তর্য্যামী পরমাত্মা কেশবনি। মরম অসিনা অর্জ্জু়ন্না শ্রীকৃষ্ণবু অ়মা কৌরগা হায়জরিবনি— "অফবা মোক্ষগী খুবম ফংজগে হায়হুনা সর্ব্বেশ্বর ওইবা নঙোন্দা চঙজরিবনি, অহুবু অফবা মোক্ষগী লম্বী থাদোক্কুনা হি়সানচি়বা পাপকী মশক ওইবা লান তৌ হায়না ইনশিল্লিবসি চুমদমাল্লে অমসুং ঐঙোন্দা নমথাক তৌবগুম খল্লে, অফবা খুবম ফ়গে হায়দূনা নঙোন্দা চঙজরিবা ঐঙোন্দা অস্নুম্না নমথাক তৌবসিদি চুমদে।" মসি অর্জ্জু়নগী পুক্নী়গী অথূপ্পা ৱানি ॥ ১ ॥

মসিদা ভগবান্না "ঐনা নঙোন্দা করম্না নমথাক তৌগনি? ঐনা নমথাক তৌই হায়বসি ঐগী করম্বা ৱাদগী (ৱাঙাঙদগী) নহাক্না খঙলিবনো? হায়না হ়লবদা মতুদা অর্জ্জু়ন্না অস্নুম্না হায়রি —

ব্যামিশ্রেণেব বাক্যেন বুদ্ধিং মোহয়সীব মে।
তদেকং বদ নিশ্চিত্য্যযেন শ্রেয়োঽহমাপ্নুয়াম্ ॥ ২ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — ব্যামিশ্রেণ ইব বাক্যেন—অমগা অমগা য়ানশিন্নবগুম্না হায়বা ৱাহৈশিংদগী ("কর্ম্মণ্যেবাধিকারস্তে" অসিনচিংবদা কর্ম্ম তৌবসি নথৌনি তাকলি অদুগা অমরোমদা "বুদ্ধৌ শরণমন্বিচ্ছ" জ্ঞানযোগদা চঙজো, মদু মোক্ষগী সাধননি তাক্লি, মতৌ অসুম্না অনীসি য়ানশিন্নবগুম্না হায়রিবা ৱাহৈশিংদগী ), মে বুদ্ধিং=ঐগী পুক্নীংসিবু, মোহয়সি ইব=নহাক্না শুমহত্তুনা তৌফম খঙহন্দবগুম তৌরে ( মরম অসিনা ঐনা নহাক্কী ৱাহৈশিংবু নমথাক তৌবা ৱাগুম খঙলে ), তৎ= মরম অসিদগী, একং=অনীসিগী মনুংদগী অমত্তং নিশ্চিত্য বদ—লেপ্লগা মদু ঐঙোন্দা হায়বিয়ু যেন অহং=মদুদগী ঐ শ্রেয় আপ্নুযাম—মোক্ষ ফংবা ঙমজগে ॥ ২ ॥

**অপুনবা অর্থ** — অমগা অমগা যানশিন্নবগুম্বা ৱাহৈশিংদগী ঐগী পুক্নীংসিবু নহাক্না ইঙাও ঙাওহনবগুম তৌরে, মরম অসিদগী কর্ম্ম অমসুং জ্ঞান অনীসিগী মনুংদগী অমত্তং লেপ্লগা মদু ঐঙোন্দা তাকপীয়ু, মদুদগী ঐ মোক্ষ ফংবা ঙমজগে ॥ ২ ॥

## অথৃপ্পা বা

কর্ম্মগী লম্বী অমসু জ্ঞানগী লম্বী অনীসিবু মোক্ষগী মথ মনাও নাইনা সাধন ওইবা মরমদগী অমত্তনি হায়না য়ারবসু মতম অমত্তদা কনাগুম্বা সাধক অমনা লম্বী অনীসিদা চংপা ঙম্মোই, অতোপ অতোপ্পা ( তোঙান তোঙানবা ) মতমদদি চংপা ঙমগনি। মরম অসিনা অনীসি পুল্লপ্পা মতম অমত্তদা কনাগুম্বনসু মোক্ষগীদমক চংপা ( অনুষ্ঠান তৌবা ) ঙমদে। মরমদি কর্ম্মযোগ তৌবা মতমদা তৌরিবা মী অদুনা মশাবু কর্ত্তানি, ভোক্তানি তৌরিবা কর্ম্ম পুম্নমক্কী ফল ঈশ্বরদা কংথোক্লবনি, ঈশ্বর উপাস্যনি মশামক উপাসকনি অসিনচিংবা খঙলগা কর্ম্মশিংঠ তৌই অদুগা জ্ঞানযোগ তৌবা মতমদদি মী অদুনা মশাবু ঐ কর্ত্তা নত্তে ভোক্তা নত্তে, ঐঙোন্দগী অতোপ্পা পোৎ অমত্ত লৈত্তে, ঐ ব্রহ্মমক্কি ঐঙোন্দগী তোপ্পা উরিবা পোৎ পুম্নমকসি অশেংবা নত্তে, মিথ্যানি মঙদা উবা পোৎবুম্বনি— অসিনচি বা লেপ্তুনা অভ্যাস তৌই। ফীবম অসিদা মশাবু কর্ত্তা ভোক্তানচিংবা খঙলগা তৌরিবা কর্ম্মযোগ অমসুং মশাবু অকর্ত্তা অভোক্তানচিংবা খঙলগা তৌরিবা জ্ঞানযোগ অনীসি করম্না অমুক্তদা পুল্লপ্পা ( তিনশিন্নদুনা ) মী অমত্তনা মতম অমত্তদা অনুষ্ঠান তৌবা ঙমগনি? অতোপ অতোপ্পা মতমদদি মী অমত্তনসু মাগী পুক্নীং শেংবা অমসুং শেংদবগী মতুং ইন্না অশংনবদা কর্ম্মযোগ তৌরগা মতু দা জ্ঞানযোগ তৌবা ঙমগনি। মরম অসিদগী ভগবান্না তাক্লিবা কর্ম্মযোগ অমসুং জ্ঞানযোগ অনীসিগী মনুংদা অর্জুনগীদমক মতীক চাবা যোগ করম্বনো হায়বসি খঙনী বদগী মহাক্না অনীসিগী মনুংদা মাগী মতীক চাবা অমত্তং তাকউ হায়জরিবনি। মরমদি ভগবান্না অনীসিবু সাধ্য সাধন ওইনা নীংথিনা তাক্লবসু

মহ অর্জুনা হৌখিক ফাওবা নী থিনা খঙল্লি, অদোমক তিনশিন্নরা (পুলশ পুন্না) ভগবান্না তাকপগুম খল্লী। অমা অমস্যুং কর্ম অমী তিন্নগা (পুল্লগা) মোক্ষগী সাধন ওইবা মরমদা, মোক্ষগী অশেংবা সাধন জ্ঞাননি অমসুং কর্ম জ্ঞানগী সাধননি হায়বসি অনীশুবা অধ্যায়গী ৪৪ শুবা শ্লোকতা অথূপ্পা বাদা হান্নবা নী থিনা বিচার তৌখ্রে ।২।

অর্জুনগী চিংনবগী ৱা অহু তারগা— "নহাক্না হায়রিবা ৱা অহুদি নংগী বুদ্ধিগী মতুং ইন্না হায়বনি ঐনদি মহাকপু নংথাক তৌহনা হায়দে তশেং তশেংনা কর্মণ্যেবাধিকারস্তে" হায়রগা জ্ঞান ফংনবগীদমক অন্তকরণ শেংনবা কর্ম তৌ, মহুদা ফল পাম্বা তৌগনু হায়বসি তাকুবগীদমক "বুদ্ধৌ শরণমন্বিচ্ছ কৃপণাঃ ফল হেতব " হায়খিবনি কর্ম থাদোক্লুনা জ্ঞানযোগদা চঙজৌ হায়বসিদি তাকখিদে— মসিগু তাকে হায়বগীদমক ভগবান্না অস্মুম্না হায়বা হৌই—

## শ্রীভগবান্ উবাচ

লোকেঽস্মিন্ দ্বিবিধা নিষ্ঠা পুরা প্রোক্তা ময়াঽনঘ।
জ্ঞানযোগেন সাংখ্যানাং কর্ম্মযোগেন যোগিনাম্ ॥৩॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — শ্রীভগবান উবাচ=শ্রীভগবান্না হায়খি—অনঘ=পাপ চেন্দবা হে অর্জুন! অস্মিন লোকে=সংসারসিদা প্রবৃত্তিমার্গ (কর্ম্মগী লম্বী) অমসুং নিবৃত্তিমার্গ (জ্ঞানগী লম্বী) অনীসিবু চত্নূনা লৈরিবা পুক্নীং শেংদবা অমসুং শেংবা অধিকারী অনীবু লৌদুনা, সাংখ্যানাং= পুক্নীং শেংহুনা জ্ঞানদা অধিকার লৈবা মী শিংগী, জ্ঞানযোগেন=জ্ঞানযোগনা মরম ওইহুনা যংগদবা ফীবম, যোগিনাং=অহুগা পুক্নীং শেংদবা মরম্না কর্ম্মদা অধিকার লৈবা মী শিংগী, কর্ম্মযোগেন=নিষ্কামকর্ম্মযোগনা মরম ওইহুনা ফংগদবা ফীবম, দ্বিবিধা নিষ্ঠা=মতৌ অস্মুম্না মখল অনীগী ফীবমবু পুরা=অহানবদা অনীশুবা অধ্যায়দা নত্রগা মমাঙৈদা সৃষ্টিগী মতমদা, ময়া প্রোক্তা=ঐনা (ভগবান্না) নীংথিনা হায়খ্রে ।৩॥

**অপুনবা অর্থ** — পাপ লৈতবা হে অর্জুন! সংসারসিদা পুক্নীং শেংবা অমসুং শেংদবা থাম্না লৈরিবা অধিকারী অনীবু লৌদুনা (য়েংহুনা) জ্ঞানদা অধিকার লৈবা পুক্নীং শেংবা মী শিংগী জ্ঞানযোগনা মরম ওইহুনা ফংগদবা ফীবম অমসুং কর্ম্মদা অধিকার লৈবা পুক্নীং শেংদবা মী-শিংগী কর্ম্মযোগনা মরম ওইহুনা ফংগদবা ফীবমং অনীসি থোক্লা, ফীবম অনীখক ঐনা মমাঙৈদা নীংথিনা হায়খ্রে ।৩।

## অথূপ্পা ৱা

শ্লোক অসিদা লাকইবা "পুরা" শব্দগী অর্থ অনীশুবা অধ্যায় ওইনা লৌরবদি মহুদা ভগবান্না জ্ঞাননিষ্ঠাগীদমক— "তানি সর্ব্বাণি সংযম্য যুক্ত আসীত মৎপরঃ" (২/৬১)

অসিমচি বা হায়খি, অদুগা কর্ম্মনিষ্ঠাগীদমক "ধর্ম্ম্যাদ্ধি যুদ্ধাচ্ছ্রেয়োঽন্যৎ ক্ষত্রিয়স্য নবিদ্যতে" (২/৩১) অসিনচি বা হায়খি, মরম অসিনা জ্ঞান অমসুং কর্ম্ম অনীসি তিমনশিন্নদুনা তৌ, নত্রগা অনীসিগী মনুংদা অপান্বা অমা তৌ হায়বসিদি ভগবান্না তাকখিদে, অদুগা নিষ্কামকর্ম্ম তৌবদগী পুক্নী শেংলবা মী শিংনা কর্ম্মশিং তৌবদু থাদোক্লগা মথক্তা তাকখ্রিবা জ্ঞানযোগগী অভ্যাস তৌগদবনি হায়বসি তাক্লবগীদমক অর্জ্জুন্দা "এষা তেঽভিহিতা সাংখ্যে বুদ্ধির্যোগে ত্বিমাং শৃণু" (২।৩৯) অসুম্না কর্ম্মযোগগী মরমদা হায়বা হৌখি। মরম অসিনা পুক্নীং শে বা অমসুং শে দবা অধিকারী খেন্নবদগী মতম খেন্ননা কর্ম্মযোগ অমসুং জ্ঞানযোগ তৌগদবনি হায়বসি শ্রীভগবানগী অভিপ্রায়নি। অসিগুম্বা অভিপ্রায়সিবু লৌদূনা ভগবান্না "ন কর্ম্মণামনারম্ভাৎ" (৩।৪) মসিদগী হৌদুনা মোঘং পার্থ স জীবতি (৩।১৬) অসি ফাওবদা অন্তঃকরণ (পুক্নীং) শেংদবা মীগী মতু শেংবা ফাওবা নিষ্কামকর্ম্ম তৌ হায়বসি তাক্লনি অদুগা অন্তঃকরণ শেংলবা মীগদি "যস্ত্বাত্মরতিরেব (৩।১৭) অসিনচিংবা শ্লোক অনীনা জ্ঞানযোগ তাক্লনি অদুগা তস্মাদসক্ত (৩। ৯) শ্লোক অসিদগী হৌদুনা সংসারদা পূন্দুনা থম্নবগী মরম ওইবা কর্ম্মসু নিষ্কামভাবতা তৌরবদি মোক্ষগী সাধন ওইবা য়াই হায়মসি তাক্লনি।

অদুগা "পুরা শব্দগী অর্থ সৃষ্টিগী অহানবা মতম লৌরবদি— জ্ঞানযোগ অমসুং কর্ম্মযোগগীদমক বেদ উপানিষৎনচিংবগী য়াইহৈশিংবু লৌদূনা ভগবান্না তাকখি হায়না খঙগদবনি খুদম ওইনা— তমে-বৈকং বিজানথ আত্মানমন্যা বাচো বিমুঞ্চথ (মু উ ২/২/৫) সুপ্না আত্মাবু খঙনবা তৌ, অতোপ্পা বা পূম্নমকপু থাদোকউ "সর্ব্বং খল্বিদং ব্রহ্ম, তজ্জলানিতি শান্ত উপাসীত" (ছা উ ৩।১৪।১) —"লেঙলি পাল্লিবা পূম্নমকসি ব্রহ্মমক্নি, মরমদি পূম্নমকসি মঙোন্দগী পোক্লকই, মানা মরম ওইদুনা লৈ অমসুং প্রলয়গী মতমদা মঙোন্দা অমুক তিল্লী।" মতৌ অসুম্না ব্রহ্ম নন্তুনা অতোপ্পা অমা লৈতবা মরমদগী মহাক নন্তবা অতোপ্পা পোৎ অমদা মিহৌবা তৌদনা পুক্নীং তপ্পা বহ্মগী উপাসনা তৌ— অসিনচিংবসি জ্ঞানযোগ তাক্লনবনি অদুগা "কুর্ব্বন্নেবেহ কর্ম্মাণি জিজীবিষেচ্ছতং সমা" (ঈ উ ২) "কর্ম্মশিংবু তৌদুনা লৈরগা চহী চামা ফাওবা হিংদুনা লৈবা পামউ।" অহবহ সন্ধ্যামুপাসীত"— নুমিৎ খুদিংগী সন্ধ্যাগী মতমদা উপাসনা তৌ, "যাবজ্জীবামগ্নিহোত্রং জুহোতি"— "হিংদুনা লৈরিবা মতম অদুক্কী মখে অগ্নিহোত্র হোম তৌগদবনি — অসিনচিংবসি নিষ্কামকর্ম্মযোগ তাক্লবনি হায়বসি খঙগদবনি। অদুগা কর্ম্মগী লম্বীসি জ্ঞানগী লম্বীদা চংনবা সাধন ওইবা মরমদগী কর্ম্মনিষ্ঠা অমসুং জ্ঞাননিষ্ঠা অনীসি আত্মসাক্ষাৎকার তৌনবা অমত্ত ওইবা ফীবম্নি অহান্বদা কর্ম্মনিষ্ঠা লৈতনা জ্ঞাননিষ্ঠা লৈবা য়াদে। মরম অসিনা ভগবান্না "দ্বিবিধেনিষ্ঠে" হায়না দ্বিবচন পীদূনা তোঙান তোঙান্না তাক্লনা "দ্বিবিধা নিষ্ঠা" হায়না একবচন পীদুনা অমত্ত ওইবা ফীবম অাক্লিখনি। মবমসিদগী লম্বী অনীসিগী মমৈদা (অরোইবদা) আত্মসাক্ষাৎকার ওইবা ফীবম্ অমত্তনি হায়বসি লৌদূনা ভগবান্না" একং সাংখ্যঞ্চ যোগঞ্চ য পশ্যতি স পশ্যতি" (৫।৫) হায়গনি।

মোক্ষগী মরম ওইবা অকবা জ্ঞানযোগবু থাদোক্লগা সংসারগী কত্তবা কর্ম্মযোগ তৌ তাকপা ময়মদগী পুক্নী, মুংঙাইতহনা লৈরিবা অর্জ্জুনবু ভগবান্না জ্ঞানযোগগী উপায় কর্ম্মযোগবু অহান্নদা তৌত্রবদি জ্ঞানযোগ ফংবা ঙম্মোই হায়বসি অস্মুন্না তাক্লি—

**ন কর্ম্মণামনারম্ভান্নৈষ্কর্ম্ম্যং পুরুষোঽশ্নুতে।**

**ন চ সংন্যসনাদেব সিদ্ধিং সমধিগচ্ছতি ॥ ৪॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—** কর্ম্মণাং=বেদনচিংবা শাস্ত্রনা তাকপা নিত্য-কর্ম্মনচিংবা পুন্নমক্কী, অনারম্ভাৎ =অনুষ্ঠান তৌবা থাদোকপদগী পুরুষ =অন্ত করণ শেংদবা মীনা, নৈষ্কর্ম্ম্যং=কর্ম্ম লৈতবা ফিবম্ম (জ্ঞানযোগনা ময়ম ওইহনা ফংগদবা কর্ম্ম লৈতবা আত্মাগী ফিবম্ম) ন অশ্নুতে=ফংবা ঙমদে, চ= অদুগা, সংন্যসনাৎ এব=কর্ম্মবু থাদোক্লগা সুপ্পা সংন্যাস লৌবদনা (লম্বোইহনা লৈবদনা), সিদ্ধিং= আত্মজ্ঞানগী মশক ওইবা সিদ্ধিবু ন সমধিগচ্ছতি=ফংদে ॥ ৪ ॥

**অপুনবা অর্থ ঃ—** শাস্ত্রনা তাকপা কর্ম্মশিংগী অনুষ্ঠান তৌবা থাদোকপদগী পুক্নী শেংদবা মীনা কর্ম্ম লৈতবা আত্মাগী ফিবম ফংবা ঙমদে অদুগা সুপ্পা সংন্যাস লৌবদনা আত্মজ্ঞানগী মশক ওইবা সিদ্ধিবুস্ম নীংথিনা ফংবা য়াদে ॥ ৪ ॥

অথূপ্পা বা

মাঙবা লৈতনা লেঙদনা লৈবা নুংঙাইবা ফংনিংবা অধিকারী ওইবা মীশিংগীদমক শাস্ত্রনা মরু ওইনা কর্ম্মযোগ অমসুং জ্ঞানযোগ, উপায় অনীসিবু তাকলিবনি। অনী অসিগী মনুংদস্মু মথং মনাও নাইনা অহানবদা কর্ম্মযোগ তৌহনা পুক্নী শেংনবা হোংনগদবনি, মদুগী মতুংদা জ্ঞানযোগদা পুক্নী থিংজিনগদবনি। ভক্তিযোগদি অনী অসিগী ময়ায়দা লৈবা মরম্না কর্ম্মযোগ তৌবা মতমদস্মু মদুগা লোয়ন-লোয়ননা মদুস্মু শোয়দনা তৌগদবনি, নত্রবদি কর্ম্মযোগ নীংথিনা মপুং ফাবা ঙমদে অমসুং পুক্নীংবুস্ম তপ্পা থম্বা ঙমদে। মতৌ অস্মুন্না জ্ঞানযোগ তৌবা মতমদস্মু ভক্তিযোগবু শোয়দনা তৌগদবনি। মরম অসিনা গীতাগী ভূমিকা ইবা মতমদা স্বামী মধুসূদনজীনা অস্মুন্না ইরম্মী—

**ভগবদ্ভক্তি নিষ্ঠা তু মধ্যমে পরিকীর্ত্তিতা।**

**উভয়ানুগতা সা হি সর্ব্ববিঘ্নাপনোদিনী॥**

"শ্রীভগবান্না অর্জ্জুনবু গীতাগী উপদেশ পীবা মতমদা ভক্তিযোগ অসিবু কর্ম্মযোগ অমসুং জ্ঞান-যোগ অনীসিগী ময়ায়দা হায়বিরম্মী। মরম অসিনা ভক্তিযোগ অসি অনীসিগী মনুং চম্নুনা লৈ, মসি সাধক ওইবা মী শিংগী য়ৈথায়-থিনপ্পাইবা পুন্নমকপু মাঙহনবীবা ঙম্বনি।"

মতৌ অস্মুন্না ভক্তিযোগ অসি কর্ম্মযোগ অমসুং জ্ঞানযোগগী মনুং চনবা মরমদগী অয়াম্বা শাস্ত্রদা মরুওইনা কর্ম্মযোগ অমসুং জ্ঞানযোগবু তাকপনি, গীতা শাস্ত্র অসিদস্মু ভগবান্না মথক্কী অহুমশুবা

শ্লোকতা তাক্লি। অতোপ্পা শাস্ত্রদসু অমুম্না হায়রি— জ্ঞানযোগঃ কর্ম্মযোগ ইতি যোগো দ্বিধা মতঃ। (ত্রিশিখ ব্রাহ্মণোপনিষৎ— ২৩) "জ্ঞানযোগ অমসুং, কর্ম্মযোগ খেন্নবা যোগ অনীথোক্না খায়রি।"

দ্বাবিমাবথ পন্থানৌ যত্র বেদা প্রতিষ্ঠিতা।
প্রবৃত্তিলক্ষণো ধর্ম্মো নিবৃত্তিশ্চ বিভাবিত॥

(মহা ভাং শা ২৪/৬)

"মহাক্দা বেদনা লেপ্তনা লৈবা (বেদনা তাকপা) লম্বী অনীনি, মগুদি প্রবৃত্তিগী মশক ওইবা ধর্ম্ম (কর্ম্মগী লম্বী), অমসুং অথোইবা ওইনা নিবৃত্তিগী (সংন্যাসকী) মশক ওইবা ধর্ম্ম (জ্ঞানগী লম্বী) অনীসিনি।"

অনীসিগী মনুংদা অহানবদা ভক্তিগা লোয়ননা কর্ম্মগী লম্বীদা চংকদবনি, মহাক্দি শাস্ত্রনা থিংবা থবক্শিংবু তৌদনা শাস্ত্রনা তৌ হায়না তাকপা অমসুং ব্যবহারদা কায়দবা থবক্শিংবু মখোয়গী মহৈ পাম্বা থাদোক্লগা নিয়ম কায়দনা তৌহনা লৈবনি। মসিবু অহানবদা তৌত্রবদি পুক্নীং তপ্না লৈতবা মরমদগী কনা অমত্ত আত্মজ্ঞান ফংবা ঙম্মোই। মরম অসিনা ভগবান্না— "ন কর্ম্মণা মনারম্ভান্নৈষ্কর্ম্ম্যং পুরুষোঽশ্নুতে" হায়না তাক্লিবনি। মসিদা নৈষ্কর্ম্ম্য" হায়বা অর্থদি লেপ্ত খোংপনচিংবা ক্রিয়া অমত্ত লৈতবা আত্মাগী অশেংবা মওঙনি মহ কর্ম্ম থাদোক্লগা সংন্যাস লৌদুনা (লম্বোইদুনা) লৈবদনা খঙবা ঙম্মোই হায়বনি। মরম অসিনা মহ খঙনী দুনা অহানবদা ভক্তিগা লোয়ননা নিষ্কাম কর্ম্ম শোয়দনা তৌগদবনি। মসিবু শ্রুতিনসু অমুম্না তাক্লি "তমেতং বেদানুবচনেন ব্রাহ্মণা বিবিদিষন্তি যজ্ঞেন দানেন তপসাঽনাশকেন" (বৃং উ ৪/৪/২২)— "ব্রহ্মগী মশক ওইবা মোক্ষবু ফংনীংবা মী শিংনা আত্মতত্ত্বসিবু খঙনীংদুনা বেদ উপনিষৎশিংবু তমই, অন্তঃকরণ শেংদোক্লবগীদমক মহৈ পাম্বা থাদোক্লগা যজ্ঞনচিংবা কর্ম্ম অমসুং দান তৌই, অমসুং চম্না হেনবনচিংবা তপ তৌহনা লৈ।"

মতৌ অমুম্না নিষ্কামকর্ম্মনচিংবা তৌহনা লৈবদগী পুক্নীং শেংলবা মতুংদা মখোয়না— "এতমেব প্রব্রাজিনো লোকমিচ্ছন্তঃ প্রব্রজন্তি" (বৃ উ ৪/৪/২২) —"সংন্যাসীগী লোক (আত্মতত্ত্ব) অভিমতন্তু পামহনা সংন্যাস লৌবগা মহ ফংলবা উপায় শ্রবণনচিংবা তৌহনা লৈ।"

মরম অসিনা ভগবান্না শ্লোক অসিদা অন্তঃকরণ শেংত্রিভঙ্গী মমাঙদা কর্ম্ম তৌবা থাদোক্নুনা সংন্যাস লৌবমক্তদগী সিদ্ধি ফংবা (আত্মতত্ত্ব খঙবা) ঙমদে হায়না তাক্লিবনি। ৪।

কর্ম্ম তৌবা থাদোক্লগা সংন্যাস লৌদুনা তুমিন্না মুংভাইনা ফমদুনা লৈগনি হায়না অর্জুন্না ভগবানগী মফমদা হায়বা থোক্লবসু মহ চুমদে, মরমদি অন্তঃকরণ (পুক্নীং) শেংদনা সংন্যাস

তৌদুনা লৈরবস্থু মহাত্মা আত্মাগী মশক ওইবা ব্রহ্মগী চিন্তন তৌবা ঙম্মোই, পুক্নীংদা মথল-মথা অয়াম্বা বাখল লাক্লুনা তুমিম্না লৈবা ঙম্মোই অন্তঃকরণ শেংলবতদা তুমিম্না ব্রহ্মচিন্তন তৌবা ঙমগনি হায়রবসি ভগবানা অস্থুম্না তাকলি—

ন হি কশ্চিৎ ক্ষণমপি জাতু তিষ্ঠত্যকর্ম্মকৃৎ।
কার্য্যতে হ্যবশঃ কর্ম্ম সর্ব্বঃ প্রকৃতিজৈর্গুণৈঃ ॥ ৫ ॥

**অম্বয় ব্যাখ্যা** ঃ— হি—পুক্নী, শেংদনা কর্ম্মদগী সংন্যাস তৌবা য়াদে হায়রবসিগী মরমদি—জাতু—কদৌঙৈদসু, ক্ষণং অপি—মীংকুপ অমত্ত ফাওবসু কঃ চিৎ=অন্তঃকরণ শেংদবা কনা অমত্ত অকর্ম্মকৃৎ=থবক ইতৌ তৌদনা, ন তিষ্ঠতি—লৈবা ঙমদে, হি=শোয়দনবক, প্রকৃতিজৈঃ গুণৈঃ—গুণ অহুমগী মশক ওইবা প্রকৃতিদগী পোকপা (কোঙদোকপা) সত্ত্ব, রজঃ অমসু তমঃ গুণ অহুমসিনা, সর্ব্বঃ=থবায়পানবা পুম্নমকপু, অবশঃ=নমহুনা কর্ম্ম কার্য্যতে=থবক তৌহল্লী ॥ ৫ ॥

**অপুনবা অর্থ** ঃ— পুক্নীং শেংদনা কর্ম্মদগী সংন্যাস তৌবা য়াদবগী মরমদি অসিদি—কদৌঙৈদসু পুক্নীং শেংদবা কনা অমত্ত মীংকুপ অমত্তং ফাওবসু থবক-ইতৌ তৌদনা লৈবা ঙমদে, প্রকৃতিদগী কোঙদোকপা সত্ত্ব, রজঃ অমসুং তমঃ গুণ অহুমসিনা জীব পুম্নমকপু নমহুনা শোয়দনবক থবক তৌহল্লী ॥ ৫ ॥

**অপূম্বা বা**

সংসার অসিদা মীওইবশিংনা তৌমম্বা থবকশিংসি হকচা না তৌবা থবক, লৈরেংবা তৌবা থবক অমসুং পুক্নীংনা (মননা) তৌবা থবক খেন্নবদগী চাত্তরাক্লা অহুমথোক্লা খায়বা য়াই। অথোয়বদিগী মনুষ্যদা অপায়্যোংগী ইন্দ্রিয়শিংগী মতেংদগী হকচাংনা তৌবা থবক অমসুং লৈয়েংনা তৌবা থবক বা ঙাওবনচিংবদগী কনাগুম্বনা তুমীম্না লৈবা ঙম্বা থোক্লবসু পুক্নীংনা তৌবা বাখলনচিংবা থবকশিংদগী কদৌঙৈদসু তুমীম্না লৈবা ঙমদে। অতোপ্পা মীনা য়েংবদা তুমীম্না লৈবা ওইনা উরবসু পুক্নীংদদি মথল মথা অয়াম্বা ব্যবহারগী অরা-মনুংঙাইগী বাখল, পাপ-পুণ্যগী বাখল, অফ-ফত্তগী বাখল অসিনচিংবা পুম্নমক অমগী মথংদা অমা লাক্লুনা লৈ, ঈশ্বরচিন্তন তৌবগী মতুংতা সংসারগী মরমদা বিষয়চিন্তন তৌহনা মতম শেল্লী অহুগা মহুনা মরম ওইহনা য়াম্না থুনমক হকচাংনা তৌগদবা লৈয়েংনা ঙাওগদবা শিং অসিনচিংবা থবক পুম্নমকপুসু তৌবা হৌরকই। মসিগী মরমদি প্রকৃতিগী সত্ত্ব, রজ অমসুং তম কৌবা গুণ অহুমসি মতম পুম্নমক্তা অমনা অমবু নমথত্তুনা মাগী মাগী থবক তৌবনা য়াম্না লঙ-ওত্তুনা লৈ, মীংকুপ অমত্ত ফাওবসু তুমীম্না লৈতে। মরম অসিনা "চলস্বভাবাঃ গুণাঃ" হায়রবসি সীংথাগী সিদ্ধান্তনি। অসিগুম্বা চলস্বভাব (লেংঙ ওত্তুনা লৈবদনা হৌবশা) ওইবা গুণশিংসিবু লাকশিনবা উপায়দি পরমাত্মাগী ভক্তি তৌবগা লোয়ননা নিষ্কামকর্ম্ম তৌহনা লবনি। মতৌ অস্থুম্না য়াম্না কুইনা অভ্যাস তৌহনা লৈবদগী পুক্নীং শেংদোক্লকুনা মন অসি তপ্না লবা হৌরকই, অমসুং সত্ত্বমচিংবা গুণ অহুমসিবু থবক তৌনবা কোঙদোক্লম্বদগী অমুক হন্না প্রকৃতিদা

চঙদূনা লৈবা হৌই। মতম অহুদা মী অহুস্ নুপ্তু আত্মচিন্তন তৌবদা লুপ্তুনা লৈবা ওম্মী। মরম অসি ভগবান্না তুংদা অস্নুম্না হায়গনি— "উদাসীনবদাসীনো যো গুণৈর্ন বিচাল্যতে" (১৪।২৩) "খংন চৈনদূনা লৈবা মী শিংদগী তোপ তোপ্পা লৈবা মীনা মখোয়গী মফমদা মুংশিবা অমসুং য়েক্নবা লৈতনা থৌওইদনা লৈবগুম্না আত্মচিন্তন তৌহুনা মশাগী ঘিবমদা লৈরিবা মীহুবু প্রকৃতিগী গুণশিংনা চোইথোকহনবা ঙমদে।" মরম অসিনা আত্মচিন্তন তৌবা ঙম্নবগীদমক অন্ত করণ শেংনবা নিষ্কামকর্ম্মবু শোয়দনা তৌহুনা লৈগদবনি হায়বসি ভগবান্না তাক্লিবনি ॥ ৫ ॥

পুক্নীং শেংদ্রিঙৈগী মমাঙদা কর্ম্ম তৌবা পুম্নমকপু থাদোক্লগা সংন্যাস লৌদুনা তুমীন্না লৈবা মীগী মরমচং করম তৌই হায়বসি হৌজিক ভগবান্না অস্নুম্না তাক্লি—

কর্ম্মেন্দ্রিয়াণি সংযম্য য আস্তে মনসা স্মরন্ ।
ইন্দ্রিয়ার্থান্বিমূঢাত্মা মিথ্যাচার স উচ্যতে ॥ ৬ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**— য বিমূঢাত্মা=করি তৌবা হৌনৈ অমসুং করি তৌদবা হৌনৈ হায়বসি করিমত্ত পুক্নীংদা খল্লবা হায়বদি তৌবা হৌনৈ হৌনদে হায়বা খল্লবা মী অহুনা, কর্ম্মেন্দ্রিয়াণি= খুৎ খোঙনচিংবা মপাম্মোংগী কর্ম্মেন্দ্রিয়শিংবু, সংযম্য=লাকশিন্দুনা থম্লগা, মনসা=মন্নু, মন্নুংদা পুক্নীংনা, ইন্দ্রিয়ার্থান=ইন্দ্রিয়শিংহুনা লৌগদবা বিষয়শিংবু, স্মরন আস্তে=মী শিংহুনা লৈ, স= অহুগুম্বা মীহুবু, মিথ্যাচার উচ্যতে=নমথাক্কী লমচং চংপা মীনি হায়নৈ ॥ ৬॥

**অপূনবা অর্থ ঃ**— করি তৌবা হৌনৈ নত্রগা হৌনদে হায়বসি খল্লবা মীহুনা মপাম্মোংগী থবক তৌনবা ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশিন্দুনা থম্লগা মন্নু মন্নুংদা, পুক্নীংনা ইন্দ্রিয়শিংহুনা লৌগদবা অমসুং তৌগদবা বিষয়শিংবু নীংহুনা লৈরবদি মহাক অহু নমথাক্কী লমচং চংপা মীনি হায়নৈ ॥ ৬ ॥

## অথূপ্পা বা

ভগবান্না শ্লোক অসিদা হায়রিবা ৱাসি সুপ্পা পুক্নীং শেংদবা মীনা সংন্যাস লৌদুনা লৈবগী মরমদা নত্তে মসি মী পুম্নমক্কীনি। অয়াম্বা মতমদা মী শিংনা পুক্নীংদা অমা থম্লগা মপাম্মোংদা অতোপ্পা অমা তৌহুনা লৈ। অস্নুম তৌহুনা লৈবা মী শিং য়াম্না পুক্নীং শেংদবা অমসুং অতোপ্পশিংবু নমথাক তৌগে খনবা লৌনম চাউবনি। অসিগুম্বা মী শিং কদৌঙৈদসু ইহলোক অমসুং পরলোক অনীমক্কা চাওখৎপা ঙম্মোই। মরম অসিনা অসিগুম্বা লমচং চংপসি থাদোক্লুনা মশা মশানা ঙমজবা অশেংবা উপায়শিংদগী চাওখৎনবা হোৎনগদবনি মসি লৌশিং তাবা মী খুদিংমক্কী মথৌনি। অতোপ্পা মীশিংগী মফমদা উংকে হায়বগীদমক মপাম্মোংগী ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশিল্লগা মন্নুংদা অপাম্বা পোৎশিংবু নীংদুনা লৈরবদি চাওখৎপগী মহুত্তা লৈখা তাবা শোয়দনা ওইগনি। মীওইবনা চাওখৎপা অমসুং লৈখা তাবগী অথোইবা মরম মন (পুক্নীং) নি। মন শেংলবদি চাওখৎপা কংই অহুগা শেংত্রবদি লৈখা তাই। মরম অসিনা শাস্ত্রনা অস্নুম্না হায়রি—

মনো হি দ্বিবিধং প্রোক্তং শুদ্ধঞ্চাশুদ্ধমেব চ।
অশুদ্ধং কামসংকল্পং শুদ্ধং কামবিবর্জ্জিতম্ ॥
মন এব মনুষ্যাণাং কারণং বন্ধমোক্ষয়োঃ।
বন্ধায় বিষয়াসক্তং মুক্ত্যৈ নির্ব্বিষয়ং স্মৃতম্ ॥

( ব্রহ্মবিন্দু— ১, ২ )

"অশেংবা অমসুং শেংদবা থেম্নবদগী মন অসি অনীথোক্না থায়রি, মতুদা সংসারগী অপাম্বা রাখল তৌহুনা লৈবা মন শেংদবনি অমুগা অপাম্বা পোংশিংগী রাখল থাদোক্নুমা লৈবা মন অশেংবনি। মরম অসিনা মীওইবগী বন্ধ (সংসার) অমসুং মোক্ষ ফংবদা মন অসি আমোইবা মরম ওই। সংসারগী অপাম্বা পোংশিংদা চঙহনা লৈবা মনা বন্ধগী মরম ওই অমুগা অপাম্বা পোংশিংগী রাখল থমদবা মন মোক্ষগী মরম ওই।"

মন নীংথিনা শেংত্রিবা অহকী মথে মহাক সংসারগী পোংশিংদা চঙহনা লৈ, মন শেংলবতদা সংসারগী পোংশিংগী অপাম্বা থাদোক্নুনা কল্যাণগীদমক আত্মচিন্তন অমসুং ঈশ্বরগী আরাধনা তৌবদা মহাক চঙশিল্লী। মরম অসিনা মন শেংদনা মপাম্বোংগী ইন্দ্রিয়শিংবু ফাজিল্লগা আত্মাচিন্তন অমসুং ঈশ্বর ধ্যান তৌগে হোংনবদা মহাক সাংসারিক পোংশিংগী রাখল তৌহুনা লৈ হায়বসিদা করিমত্ত চিনফম লৈতে। মসি অভ্যাস তৌহনা য়েংবা মী অয়াম্বনা নীংথিনা থঙলিবনি। মরম অসিদগী অহানবদা মন শেংনবা অমসুং রাখল চোইদনবা হোংনবসি থায়গী মথৌনি। পূক্নীং শেংনবা উপায়দি পরমাত্মাগী ভক্তি তৌবগা লোয়ননা নিষ্কামকর্ম্ম তৌবা মত্তনা অতোপ্পা লৈতে। মরম অসিনা ভগবাননস্থ মতুংদা অসুম্না হায়গনি—"সংন্যাসস্তু মহাবাহো দুঃখমাপ্তুমযোগতঃ" (৫/৬) "হে পাক্লোম্ চাউবা। অহানবদা নিষ্কামকর্ম্মলোপ তৌদবা মীনা সংন্যাস লৌবা অসিদি য়াম্না রান্ন থোকই।" "যোগিনঃ কর্ম্ম কুর্ব্বন্তি সঙ্গংত্যক্ত্বাত্মশুদ্ধয়ে" (৫/১১) —"পূক্নীং শেংদোক্নবগীদমক কর্ম্মযোগীশিংনা মথে থাম্বা থাদোক্লগা কর্ম্ম তৌহনা লৈ।" "যজ্ঞো দানং তপশ্চৈব পাবনানি মনীষিণাম্" (১৮/৫)—"আত্মাগী চিন্তন তৌনীংবা মী শিংগীদি যজ্ঞ, দান অমসুং তপ তৌবসি পূক্নীং শেংনবগীদমকনি।"

মরম অসিনা পূক্নীং শেংদনা মপাম্বোংগী ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশিল্লগা সংন্যাস লোগে হোংনবসি চুমদে হায়না ভগবাননা মফম অসিদা নীংথিনা তাকপীরি ॥ ৬ ॥

অজ্ঞানী ওইরবসু মোক্ষ ফংনীংবা মীনা সংন্যাস লৌবগী মহুত্তা পূক্নীং শেংদোক্নবগীদমক অহানবদা কর্ম্ম তৌহনা লৈবসি থোইনা হেন্না ফৈ হায়বসি হৌজিক ভগবাননা অসুম্না তাক্লি—

যস্ত্বিন্দ্রিয়াণি মনসা নিয়ম্যারভতেঽর্জ্জুন।
কর্ম্মেন্দ্রিয়ৈঃ কর্ম্মযোগমসক্তঃ স বিশিষ্যতে ॥ ৭ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— অর্জুন !** হে **অর্জুন !** য তু=অজ্ঞানী ওইবা মী অহনদি ( কর্ম্মস৲ন্যাস তৌবা থাদোক্লগা ), ইন্দ্রিয়াণি—মপান্থো৲গী মীৎনচি৲বা জ্ঞানেন্দ্রিয়শি৲বু, মনসা নিযম্য=পাপকী মরম ওইগদবা রূপনচিংবা য়ে৲বদগী পুক্নী৲না লাকশিন্দুনা থম্নগা, অসক্ত =কর্ম্মশি৲গী মহৈশি৲বু পামলুবা তৌদনা, কর্ম্মেন্দ্রিয়ৈ =খোঙ খুৎনচি৲বা কর্ম্মেন্দ্রিয়শি৲না, কর্ম্মযোগ৲ আরভতে=শাস্ত্রনা তাকপা কর্ম্মশি৲বু ঈশ্বরদা কথোক্লগা তৌহনা লৈ, স বিশিষ্যতে—অসুম্না কর্ম্মযোগী ওইবা মহাক অহনা পুক্নী৲ শে৲দনা স৲ন্যাস লৌদুনা নমথাক্কী লমচৎ চত্তু৲না লৈবা মী অহুদগী থোইনা হেন্না ফৈ। ৭।

**অপুনবা অর্থ ঃ**— হে অর্জুন ! মী অহনা মপান্থো৲গী মীৎনচি৲বা জ্ঞানেন্দ্রয়শি৲বু পাপকী মরম ওইগদবা য়েংহৈ-তাহৈদবা পোৎশি৲দগী পুক্নী৲না লাকশিন্দুনা থম্নগা মহৈগী অপাম্বা থাদোক্লুনা খোঙ-খুৎনচি৲না কর্ম্মেন্দ্রিয়শি৲না কর্ম্মযোগ তৌহনা লৈরবদি মহাক অহু নমথাক তৌহনা কর্ম্ম-স৲ন্যাস তৌবগী লমচৎ চৎলিবা মী অহুদগী থোইনা হেন্না ফৈ। ৭।

### অথূপ্পা বা

শ্রুতি-স্মৃতিনচি৲বা শাস্ত্রশি না তৌ হায়না তাকপা কর্ম্মশি৲বু পূমথা থাদোক্লগা পরমাত্মাগী চিন্তন তৌহনা লৈনবগীদমক স৲ন্যাস লৌবনি। অহবু পুক্নীং শে দনা স৲ন্যাস লৌরবদি স৲সারগী ভোগ্য ওইবা পোৎশিংবু ফ৲নবা খোয়া৲বা অহু পুক্নী৲দা লেঙদনা লৈহৌবা অমসু৲ পুক্নী৲ শে৲নবা কর্ম্ম তৌহৌদবা মরমদগী মতম পূম্নমক্তা পুক্নী৲ লা৲তক্লদুনা পরমাত্মাগী চিন্তন তৌবা যূকয়া য়াদে , মহুদগী নত্তবা লমচৎ চৎলক্লুনা মী অহু মহাপাপকী ভাগী ওইহনা লৈখা তাই। মরম অসিনা নারদপরিব্রাজকোপনিষত্তা অসুম্না হায়রি—

যদা মনসি সংজাতং বৈতৃষ্ণ্যং সর্ব্ববস্তুষু।
তদা সংন্যাসমিচ্ছেত পতিত স্যাদ্বিপর্য্যযে॥
বিরক্তঃ প্রব্রজেদ্ধীমান্ সরক্তস্তু গৃহে বসেৎ।
সরাগো নরকং যাতি প্রব্রজন্ হি দ্বিজাধম॥
( তৃতীয়োপদেশ—১২, ১৩ )

"স৲সারগী ভোগ্য ওইবা পোৎ পুম্নমক্তা পাম্দবহু মনদা নী৲থিনা পোক্লবা মতম অহুতদা স৲ন্যাস লৌগে নী৲গদবনি, নত্রবদি লৈখা তাগনি। লৌশি৲ তাবা মীনা ভোগ্য ওইবা পোৎ-শি দগী বৈরাগ্য ফ৲লবা মতু৲দা স৲ন্যাস লৌগদবনি , স৲সারগী পোৎশি৲দা অপাম মিহৌ থাদোকপা ঙমত্রিবা মীদি য়ুমদা লৈগদবনি। অপাম মিহৌ লৈন লৈনা স৲ন্যাস লৌরবদি দ্বিজশি৲গী ( ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয় অমসুং বৈশ্যশি৲গী ) মনু৲দা অধম ওইবা ( ভস্মোইদৌবা থবক তৌহনা ফৎলক্লবা ) মী অহু নরক্তা তাই।"

মরম অসিনা ব্যবহার অমসুং শাস্ত্রদা কায়দবা লমচৎ চৎলগা পুক্নী শেংনবগীদমক নিষ্কামকর্ম্ম তৌহুনা লৈবা মীনা, পুক্নীং শেংদনা সংন্যাস লৌদুনা লৈবা মীদগী য়াম্না হেন্না ফৈ হায়বসি ভগবান্না শ্লোক অসিদা তাকলিবনি ॥ ৭ ॥

মোক্ষ পাম্বা অজ্ঞানী ওইবা মীনা মহ্ ফংনবগীদমক অমসুং নমথাক্নী লমচৎ চৎপা থাদোক নবগীদমক অহানবদা নিষ্কামকর্ম্ম শোয়দনা তৌক্কম থোকই হায়বসি হৌজিক ভগবান্না তাক্লি—

নিয়তং কুরু কর্ম্ম ত্বং কর্ম্ম জ্যাযো হ্যকর্ম্মণঃ।
শরীরযাত্রাঽপি চ তে ন প্রসিদ্ধ্যেদকর্ম্মণঃ। ৮।

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— হি—মসিগী মরমদি, অকর্ম্মণ—পুক্নীং শেংদবা মীগীদমক্তদি কর্ম্ম তৌদবদগী, কর্ম্ম জ্যায়—কর্ম্ম তৌহুনা লৈবসিনা য়াম্না হেন্না ফৈ, নিয়তং কর্ম্ম=মরম অসিনা বেদনচিংবা শাস্ত্রনা শোয়দনা তৌ তাকলিবা নিত্যকর্ম্মশিংবু, ত্বং কুরু—নহাক তৌহুনা লৈয়ু, চ—মসিদ নত্তনা, অকর্ম্মণ তে—নশাগী তৌগদবা নথৌ করিমত্ত তৌদনা লৈবা নহাক্নী, শরীরযাত্রা অপি—হকচা বু য়োক থাক্নুনা শীজিন্নবা য়ানা থম্বা অসিসু, ন প্রসিদ্ধ্যে—নীংথিনা সিদ্ধ ওইবা য়ারোই। ৮।

অপুনবা অর্থ —মসিগী মরমদি—পুক্নীং শেংদবা মীগীদমক্তি কর্ম্ম তৌদবদগী কর্ম্ম তৌহুনা লৈবসিনা য়াম্না হেন্না ফৈ, মরম অসিনা শাস্ত্রনা শোয়দনা তৌ হায়না তাকপা নিত্যকর্ম্মশিংবু নহাক তৌহুনা লৈয়ু। মসিদ নত্তনা নশাগী নথৌশিংবু করিমত্ত তৌদনা লৈরবদি হকচাংসিবু য়োক থাক্নুনা থম্বসিসু নীংথিনা সিদ্ধ ওইরোই ॥ ৮ ॥

অথূপ্পা বা

সংন্যাস অসি পরব্রহ্ম ফংনবা খায়দগী অথোইবা অমসুং মকোক ওইবা উপায় (সাধন) অমনি। মরম অসিনা মহানারায়ণোপনিষত্তসু অসুম্না হায়রি— "ন্যাস এবাঽত্যরেচয়ৎ" (২১/২) —"সংন্যাস অসি সাধন পুম্নমক্তগী থোইদোক হেন্দোকপনি।" অহুম্নদি ওইরবদা "যোগ্যপ্রযুক্তং সাধনং কার্য্যসাধকম্" —"মতীক চাবা মীনা শীজিন্নবা সাধনদা থবক পাঙথোকপা ঙম্মী" হায়বা পাউরোগী মতুং ইন্না পুক্নীং শেংবা মীনা লৌবা সংন্যাস অহুতনা মী অহুবু পরব্রহ্ম ফংহনবা ঙম্মী। মতীক চাদবা মীনা লৌবা সংন্যাস পরব্রহ্ম ফংহনবগী মহূক্তা মাবু য়াম্না লৈখা তাহল্লি। মরম অসিনা পুক্নীং শেংদবা মরমদগী সংন্যাস লৌবদা মতীক চাদবা মীনা পুক্নীং শেংনবা উপায় ওইনা অহানবদা নিষ্কামকর্ম্ম তৌহুনা লৈগদবনি হায়বসি ভগবান্না হন্না হন্না তাক্লিবনি। মসিবু মনুস্মৃতিদসু অসুম্না হায়রি—

বেদোক্তং স্বকং কর্ম্মনিত্যং কুর্য্যাদতন্দ্রিত।
তদ্ধিকুর্ব্বন্ যথাশক্তি প্রাপ্নোতি পরমাং গতিম্ ॥ (৪/১৪)

"বেদনা তাকপা নশা নশাগী কর্ম্মশিংবু শোয়দনা অমসুং অতনবা লৈতনা তৌগদবনি। নিত্য কর্ম্মশিংহবু ঙম্বা মথৌ তৌহুনা লৈরিবা মী অহুনা অথোইবা গতিবু ফংবা ঙম্মী।"

মশা মশাগী কর্ম্ম ( স্বকং কর্ম ) করিগদেন হায়বদি বুদ্ধ শাংখ্যদর্শনদা অমুম্না তাকলি—"স্বকর্ম্ম বর্ণাশ্রমবিহিতকর্ম্মানুষ্ঠানম্" (৩/৩৫) "স্বকর্ম্মদি বর্ণ ( ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্যনচিংবা ) অমসুং আশ্রমগী ( ব্রহ্মচর্য্য, গৃহস্থ, বানপ্রস্থনচিংবগী ) মতুং ইন্না শাস্ত্রনা তৌ তাকলিবা কর্ম্মশিংগী মতুংতা তৌবনি।"

পূক্লীং শেংন্দ্রিবা মীনা কর্ম্ম তৌহনা লৈগদবনি হায়বসি উপনিষদস্সু অমুম্না তাকলি—"যান্যনবদ্যানি কর্ম্মাণি তানি সেবিতব্যানি" ( তৈ উ' ১। ১১। ২ )" "শাস্ত্রনা তৌ তাকপা অমসুং থিংদবা কর্ম্মশিং অহুদা বাকল্লামদা মীনা নিঙ্গা তৌমকম ওইদবা কর্ম্মশিংবু তৌহনা লৈগদবনি।" "কুর্বন্নেবেহ কর্ম্মাণি জিজীবিষেচ্ছতং সমাঃ" ( ঈশা—২ ) "সংসার অসিদা অকবা কর্ম্মশিংবু তৌহনা লৈরগা চহী চামা ফাওবা পুন্সিনবা নীংগদবনি।"

মরম অসিনা পূক্লীং শেংন্দ্রিবা মীনা কর্ম্ম তৌবা থাদোক্লুনা সংন্যাস লোগে হায়বগীদমক যুম্ থাদোকপসিদি শূকচুম চুমদে অহুগা শাস্ত্রনা তাকপা কর্ম্মশিংবু থাদোক্লুনা সংন্যাস লৌরগা হকচাং চংনবগীদমক ( হিংননবগীদমক ) ব্যবহারগী কর্ম্ম থরদং তৌরগা তুমিন্না ফমদুনা পরমাত্মাগী চিন্তন তৌহনা লৈগনি হায়বসিস্সু চুমদে। মরমদি, মন শেংদবদগী তুমিন্না ফমদুনা ঈশ্বরগী চিন্তন তৌরুনা লৈবা ঙম্মোই মতম অহুদা সংসারগী মথল-মথা অয়াম্বা রাথল লাক্লুনদা লৈগনি। মরম অসিনা য়ুমদা লৈন লৈনা অন্ত করণ শেংনবা অফবা অমসুং শাস্ত্রনা তাকপা কর্ম্ম পুম্নমকপু অতনবা লৈত্রনা তৌহনা লৈরগা মতুগা লোয়ন-লোয়ননা ঈশ্বরগী ভজন পূজন, চিন্তন অসিনচিংবা পুম্নমকপুস্সু তৌগদবনি। মতুতদা মীনা মন শেংদোক্লক্লুনা মশাগী কল্যাণ ( য়াইফনবা ) তৌজবা ঙমগনি। মসিমু ভগবান্না "উদ্ধরেদাত্মনাত্মানম্" ( ৬। ৫ ) হায়না তুংদা তাকনি ॥ ৮॥

মসিদা—"কর্ম্মণা বধ্যতে জন্তুর্বিদ্যয়া চ বিমুচ্যতে" ( সংন্যাসোপনিষৎ—২।৯৮ )—"কর্ম্মদগী জীবনা সংসারদা পুন্দুনা লৈ, অহুগা ব্রহ্মবিদ্যাদগী মোক্ষ ফংই" হায়না শাস্ত্রনা তাকপা মরমদগী মোক্ষ ফংনীংবা মীনা করিগীদমক পুম্নবগী মরম ওইবা কর্ম্ম তৌহনা লৈগনি হায়না অর্জুননা চিংনরবদা নঙনা হায়রিবহুদি সকামকর্ম্মগী মরমদনি, ঈশ্বরদা কথোক্লুনা তৌবা নিষ্কামকর্ম্মগী মরমদা নত্তে, মহুদি ব্রহ্মবিদ্যা ফংনবা অথোইবা সাধন অমনি হায়বসি ভগবান্না অশুম্না তাক্লি—

যজ্ঞার্থাৎ কর্ম্মণোঽন্যত্র লোকোঽয়ং কর্ম্মবন্ধনঃ।
তদর্থং কর্ম্ম কৌন্তেয মুক্তসঙ্গঃ সমাচর ॥ ৯ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—যজ্ঞার্থাৎ কর্ম্মণ =যজ্ঞগী মশক ওইবা ভগবান্ বিষ্ণুদা কথোক্লুনা তৌবা কর্ম্মদগী, অন্যত্র—অতোপ্পা সকাম কর্ম্ম ( মহৈ ফংনীংবা কর্ম্ম ) তৌবদা, অয়ং লোক—কর্ম্মগী অধিকারী ওইবা মীসি, কর্ম্ম বন্ধন =কর্ম্মনা পুন্নী মরম অসিনা, কৌন্তেয়=কুন্তীগী মচা হে

অর্জ্জুন। মুক্তসঙ্গ =কর্ম্মগী মহৈ পাম্বা থাদোক্লুনা মহাক, তদর্থং=শ্রীভগবান বিষ্ণুগী পেন্নবগী-দমক, কর্ম্ম সমাচর= নীংথিনা কম্ম তৌ ॥ ৯॥

অপুনবা অর্থ ঃ— যজ্ঞগী মশক ওইবা ভগবান্ বিষ্ণুদা কথোক্লুনা তৌবা কর্ম্ম নত্তবা সল্লামকর্ম্ম তৌরবদা কর্ম্মগী অধিকারী ওইবা মীসি কর্ম্মহুনা পুল্লী মরম অসিনা হে অর্জ্জুন! কর্ম্মগী মহৈ পাম্বা থাদোক্লুনা মহাক শ্রীভগবান বিষ্ণুগী পেন্নবগীদমক নীংথিনা কম্ম তৌহুনা লৈয়ু। ৯।

অথুপ্পা বা

"যজ্ঞো বৈ বিষ্ণুঃ" (তৈ স ২।৭।৪)—"যজ্ঞ অসিমক ভগবান বিষ্ণুনি হায়বা বেদ প্রমাণগী মতু, ইম্না শ্লোকসিদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা "যজ্ঞার্থাৎ কর্ম্মণঃ" হায়বনি। মসিবু ঋগবেদনচিংবদস্মু অস্নুম্না হায়রি—

"যজ্ঞেন যজ্ঞমযজন্ত দেবাস্তানি ধর্ম্মাণি প্রথমান্যাসন্॥"
(ঋগ ১।১৬৪।৫০)

"দেবা =দৈবীসম্পং ফংলবা অধিকারী ওইবা মী শিংনা, যজ্ঞেন=শাস্ত্রনা তৌ হায়না তাকপা কর্ম্মগী মশক সাধননা যজ্ঞং=শীন্ন থুংনা লৈবা অমসুং যজ্ঞগী মশক ওইবা ভগবান শ্রীবিষ্ণুগী অযজন্ত =পূজা আরাধনানচিংবা তৌখি, মরম অসিদগী তানি=শ্রীবিষ্ণুগী পূজন, আরাধনানচিংবা কর্ম্ম পুম্নমক অহু প্রথমানি=খ্বায়দগী মকোক ওইবা, ধর্ম্মাণি আসন=ধর্ম্মশিং ওইখিরম্মী।"

মরম অসিনা ধর্ম্মশিং অহুবু তৌরগা সাধক ওইবা মীনা মহুগী ফল পাম্নবদি স্বর্গনচিংবা ফংই, ফল পামদনা তৌরবদি মোক্ষ ফংই। মরমদি ফল পামদনা ভগবান শ্রীবিষ্ণুবু পেন্নবা তৌরিবা কম্ম সংসারদা পুম্নবগী মরম ওইদে, মহুদগী অন্তঃকরণ শেংহুনা জ্ঞান ফংনবা মতীক চাবা ওইরকপা মরমদগী মহু মোক্ষগী মরম ওই। মরম অসিনা গরুড় পুরাণদসু অস্নুম্না হায়রি—"তৎকর্ম্মযন্ন বন্ধায়" (২।৪৯।৯৪)—"শ্রীভগবান্দা কথোক্লুনা তৌরিবা কর্ম্মহু সংসারদা পুম্নবগী মরম ওইদে।" সুপ্পা ফল পামহুনা কর্ম্ম তৌরবতদা মহু সংসারদা পুম্নবা মরম ওই। মসিগী মরমদি ফল পামহুনা তৌরিবা কর্ম্মহু মহুগী অফ-ফত্ত ফল পীদনা লেম্না মাঙদে, মহুদগী মহু বন্ধনগী মরম ওই, অহুগা ভগবান্দা কথোক্লুনা তৌবা কর্ম্মদি মহুগী ফল পামদবা মরমদগী পুক্নীং শেংনবা মরম ওই। পুক্নীং শেংলবদি পুক্নীং অহুদা মোক্ষগী মরম ওইবা জ্ঞান পোকই। মরম অসিনা মোক্ষ পাম্বা মীনা ভগবানগীদমক কম্ম তৌগদবনি হায়বসি মফম অসিদা অর্জ্জুনবু শ্রীকৃষ্ণনা তাক্লিবনি। ৯।

মসিদ নত্তনা প্রজাপতি ব্রহ্মানসু প্রজাশিংবু শেম্নবা মতুংদা কর্ম্ম তৌহুনা লৈনবগীদমক অস্নুম্না পাউতাক পীখি হায়বসি ভগবান্না অর্জ্জুনবু তাকপীরি—

সহযজ্ঞা প্রজাঃ সৃষ্ট্বা পুরোবাচ প্রজাপতিঃ।
অনেন প্রসবিষ্যধ্বমেষ বোঽস্ত্বিষ্টকামধুক্ ॥ ১ ।

**অন্বয় ব্যাখ্যা** ঃ— সহযজ্ঞা — কর্ম্মশিংগী মশক ওইবা যজ্ঞগা লোয়নন' প্রজা = যজ্ঞ তৌবদা মতীকচাবা ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয় বৈশ্যনচিংবা প্রজাশিংবু, সৃষ্ট্বা = শেম্লবা মতুংদা পুরা = মমাঙঙৈদা, প্রজাপতি = প্রজাশিংবু শেম্নীবা মপু ব্রহ্মানা, উবাচ — মখোয়বু, অস্মুন্না তাকপীখি অনেন — মখোয়গা লোয়ননা শেমখ্রিবা যজ্ঞসি তৌবদগী প্রসবিষ্যধ্বম — নখোয চাওখৎপা ওইগনি মবমদি — এষ = যজ্ঞসি, ব = নখোয় পূম্নমক্কীদমক, ইষ্ট কামধুক্ অস্তু — অপাম্বা পোৎশিংবু মহে ওইনা পীনবিবা ওইসনু ॥ ১ ॥

**অপূন্‌বা অর্থ** — যজ্ঞগা লোয়ননা প্রজাশিংবু শেম্লবা মতু দা মমাঙঙৈদা প্রজাপতি ব্রহ্মানা অস্মুন্না হায়বিখি— নখোয়গা লোয়ননা শেমখ্রিবা যজ্ঞসি তৌবদগী নখোয চাওখৎপা ওইগনি মরমদি যজ্ঞসিনা নখোয পূম্নমক্কীদমক অপাম্বা ফল পীনবিবা ওইসনু ॥ ১ ।

অথূপ্পা বা

শ্লোকসিদা "যজ্ঞ হায়বা বাহৈসিদা তৌফম থোকপা থবক পূম্নমকপু খংলি। মরম অসিনা মী পূম্নমক্না মখোয় মখোযগী মতীক চাবা থবক পূম্নমকপু শোযদনা তৌহনা লৈগদবনি নত্রবদি কদোউৈদম্মু চাওখৎপা ঙম্মোই হাযবসি ঐখোযনা খঙবা ঙম্মী। মহুদস্মু তৌফম থোকই হায়বা বাখল অসিখক্তং খল্লগা তৌগদবনি, যল পামহনা তৌরোইদবনি। মরমদি ভগবান্না অহানবদা "মা কর্ম্মফল হেতুর্ভূ" (২। ৪৭)— "কর্ম্মগী যল যংনবা মরম ওইগনু মহু ওইরবদি সংসারদা পুন্দুনা লৈবগী মরম ওইগনি হাযবসি তাকপা মবংা নিষ্কামকর্ম্মগী বাযমনি। প্রজাপতিনা মফমসিদা সকামকর্ম্মবু থাগত্তুনা বাযরিবসিদি সূপ্না কর্ম্মগী যল পাম্বা মী শিংগীদমক্লি, আত্মজ্ঞান ফংহনা মোক্ষ পাম্বা মী শিংগী নত্তে। মোক্ষ পাম্বা মী-শিংনদি চাউথোক্তনা অমস্তুং ফল পাম্বা লৈতনা তৌরিবা থবকশিং অহুদগী পাপ কোকথোকপা ঙমগনি অদুগা মখোয় পুক্নীং শেংনা লৈতানা লৈবস্মু ঙমগনি। শ্রুতিনস্মু অস্মুন্না তাক্লি— ধর্ম্মেণ পাপমপনুদন্তি" (তৈ আ ১ /৬৩/৭)= 'মী শিংনা ধর্ম্ম ওইবা অফবা থবক তৌবদগী পাপ কোকথোকহনবা ঙম্মী। পাপ কোক্লবদি মুংডাই য়াইযনা অমস্মুং পূক্নীং লৈতানা লৈবসিদি শোযদবনি। মরম অসিনা নিষ্কামকর্ম্ম তৌবদা ফল করিমত্তা যংলোই হায়বা বা নত্তে। মতৌ অস্মুন্না তৌহনা লৈবদগী পাপ লৈত্রবা অমস্মুং পূক্নীং শেংলবা মী অহনা মোক্ষ যংবা ঙম্মী াযবসিস্মু ব্রহ্মপুরাাদা অস্মুন্না তাক্লি— "ধর্ম্মেণ মোক্ষং লভতে মনুষ্যঃ (ব্র পু ২৪৫। ৩৭)—"ধর্ম্ম তৌবদগী মীওইবনা মোক্ষ ফংই" ॥ ১ ।

যজ্ঞ তৌবদগী মীনা অপাম্বা ফল করম্না ফংগনি হায়বসি ভগবান্না প্রজাপতিগী পাউতাকী মতুং ইম্না তাকপীরি—

দেবান্ ভাবয়তানেন তে দেবা ভাবয়ন্তু বঃ।
পরস্পরং ভাবয়ন্তঃ শ্রেয়ঃ পরমবাপ্স্যথ ॥ ১১ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — অনেন = যজ্ঞসিনা দেবতাশিংগীদমক হোম পীদূনা, দেবান ভাবয়ত = নখোয়না দেবতাশিংবু পেলহল্লু। তে দেবা = দেবতাশিং অদুস্থু, ব ভাবয়ন্তু = নখোয়বু মুংঙাই য়াইফবগী মশক ওইবা ফল পীবিবা ওইসনু পরস্পরং = মতৌ অসুম্না অমনা অমবু ভাবয়ন্তঃ = পেলহন্নদূনা লৈরগা নখোয়, পরং শ্রেয় = অথোইবা মুংঙাই য়াইফবগী মশক ওইবা স্বর্গনচিংবা ফল, অবাপ্স্যথ = ফংবা ঙমগনি ॥ ১১ ॥

**অপুনবা অর্থ ঃ**— নখোয়না যজ্ঞ তৌদুনা ইন্দ্রনচিংবা দেবতাশিংবু পেলহল্লু অদুগা দেবতাশিং অদুস্থু নখোয়বু মুংঙাই যাইফবা ফল পীবিবা ওইসনু। মতৌ অসুম্না অমনা অমবু পেলহন্নদূনা লৈরবদি নখোয় মুংঙাই-যাইফবগী মশক ওইবা স্বর্গনচিংবা ফল ফংগনি ॥ ১ ॥

অথূপ্পা বা

শ্লোকসিদা "পরং শ্রেয়" হায়বা ৱাহৈ অনীসি পীরি। মসিগী অর্থস্থু অনীথোক্না তৌবা যাই। মদুদি— (১) অথোইবা মুংঙাই য়াইফবগী মশক ওইবা স্বর্গ, (২) খ্বায়দগী অথোইবা মোক্ষ। উপনিষৎনচিংবদদি "শ্রেয়" হায়বা ৱাহৈসি মোক্ষগী অর্থতদা লাকই (শীজিন্নৈ), অদুগা স্বর্গনচিংবা সাংসারিক মুংঙাই যাইফবগী অর্থদা "প্রেয়" হায়বা ৱাহৈ অসি লাকই (শীজিন্নৈ)। মরম অসিনা মফম অসিদা সূপ্না "শ্রেয়" হায়বা ৱাহৈসি পীবা মরমদগী কনাগুম্বনা যজ্ঞনচিংববু সকাম ভাবতা দেবতাশিংগীদমক তৌরবদি মুংঙাই য়াইফবগী মশক ওইবা স্বর্গনচিংবা ফল ফংগনি। মসিবু শ্রীমদ্ভাগবদতস্থু অসুম্না হায়রি— "ভজন্তি যে যথা দেবান্ দেবাং তথৈব তানপি॥" (ভা ১১।২।৬)— "মী শিংনা দেবতাশিংবু নীংবা অমস্থু, পূজা তৌবগী মতুং ইন্না দেবতাশিংনস্থ মখোয়বু ফল পীবি।" অদুগা হায়রিবা যজ্ঞনচিংবা কর্মশিংদুবু নিষ্কাম ভাবতা তৌরবদি খ্বায়দগী মকোক ওইবা ফল মোক্ষ ফংগনি হায়বসি অথূপ্পা বা ওইনা ভগবান্না তাকই ॥ ১১ ॥

সূপ্না পরলোকতগী মরী লৈনবা ফল ফংবদা নত্তে, হিংদুনা লৈরিঙৈগী মতমসিদস্থু অপাম্বা ভোগ্য ওইবা পোৎ ফংগনি, মদুদগী শরুক খরদং দেবতাশিংবু পীদ্রবদি দোষ ওইগনি হায়বসিস্থু অসুম্না তাক্লি—

ইষ্টান্ ভোগান্ হি বো দেবা দাস্যন্তে যজ্ঞভাবিতাঃ।
তৈর্দত্তানপ্রদায়ৈভ্যো যো ভুংক্তে স্তেন এব সঃ ॥ ১২ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**—যজ্ঞভাবিতা দেবা = যজ্ঞদগী পেল্লবা দেবতাশিংনা, বঃ = নখোয়গীদমক, ইষ্টান ভোগান = ললথুম্নচিংবা অপাম্বা ভোগ্য ওইবা পোৎশিংবু, হি দাস্যন্তে = লেপ্নমক পীগনি

তৈ দন্তান—মতৌ অসুম্না মখোয়না পুহমবগী মশক ওইনা পীরিবা পোৎশিংহুবু, এভ্য অপ্রদায় —মহুদগী শরুক খরদ লোথোক্লনা মখোয়গীদমক যজ্ঞ ওইনা পীবাংতৌদনা, য ভুংক্তে—মী অহুনা চাদুনা থক্লনা লৈরবদি, স স্তেন এব=মহাক অহু হুরানবা মী-মক্নি ॥ ১২ ॥

অপূনবা অর্থ ঃ— যজ্ঞদগী পেল্লবা দেবতাশিংনা মখোয়গীদমক চান থক্লবা অপাম্বা পোৎশি বু শোয়দনা পীগনি। মখোয়না পীরিবা পোৎশিংহুবু মখোয়গীদমক যজ্ঞ ওইনা শরুক খরা পীদনা মীহুনা চাদুনা-থক্লনা লৈরবদি মহাক অহু হুরানবা মী মক্নি ।১২।

অথূপ্পা বা

"পবস্পবং ভাবযন্ত" অসুম্না মথক্কী শ্লোকতা হায়খিবগী মতু, ইন্না দেবতাশিংনা মীওইবগীদমক চান থক্লবা অফ অফবা অথুম অহাও অমস্তু শেল থুম পীবিরিবনি। মহুদা মীওইবনা রাখল লৈতহনা মখোয়না ফংলিবা লল থুম্নচিংবা পোৎশিংহুবু মশামক্কীনি থন্দুনা দেবতাশি গী শরুক তমদনা মহুদগী লোথোক্লনা চাদুনা থক্লনা লৈথোক্লবদি দেবতাশিংগী শরুক হুরানবা শোয়দনা ওইগনি অহুগা দেবতাশিংহুস্তু শাউহুনা মখোয়বু শেল-থুম অমস্তু নীংথিবা পোৎশিং পীরোই, মহুদগী মখোয় রানা লৈগনি। অহুগা দেবতাশিংগীদমক শরুক তম্লগা চাহুনা থক্লনা লৈরবদি দেবতাশিংস্তু পেন্দুনা মখোয়বু থোইদোক হেন্দোক্লা অপাম্বা পোৎশিং পীদুনা লৈগনি, মহুদগী মখোয় মুংঙাই য়াইফনা লৈবা ঙমগনি। মরম অসিদগী দেবতানচিংবগীদমক যজ্ঞ শোয়দনা তৌহুনা লৈগদবনি। "দেবতামুদ্দিশ্য দ্রব্যত্যাগো যজ্ঞ"—"পোৎসি দেবতাগীদমক্নি হায়না সংকল্প তৌরগা মখোয়গীদমক পোৎ অহু পীথোক কংথোকপবু যজ্ঞ কৌই।" হায়রিবা যজ্ঞসিবু মমুনা মঙাথোক্লা থায়দোক্লনা মুমিৎ খুদিংগী তৌফম ওইনা (তৌফম থোকই হায়বসি) অসুম্না হায়রি—

অহুতং চ হুতং চৈব তথা প্রহুতমেব চ।
ব্রাহ্ম্যং হুতং প্রাশিতং চ পঞ্চযজ্ঞান্ প্রচক্ষতে॥
জপোঽহুতো হুতো হোমঃ প্রহুতো ভৌতিকোবলিঃ।
ব্রাহ্ম্যং হুতং দ্বিজাগ্র্যার্চ্চা প্রাশিতংপিতৃতর্পণম্ ॥

(মনুঃ ৩/৩, ১৪)

"অহুত, হুত প্রহুত, ব্রাহ্ম্যহুত অমস্তু প্রাশিত হায়না মুমিৎ খদিংগী তৌফম থোকপা যজ্ঞসি মঙাথোক্লা থায়রি। মহুগী মমুংদা নীংনীংবা দেবতাগী নাম, মন্ত্র জপ তৌবা নত্রগা পুজা পাঠ তৌবসি অহুত যজ্ঞনি, কনামত্ত চাত্রিরৈঙগী মমাঙদা থোংলিবা চাক ঈরশাংদগী শরুক খরদ লোরগা দেবতাশিংগী পেন্নবগীদমক মৈদা হোম পীবসি হুতযজ্ঞনি (দেবযজ্ঞনি), হুতযজ্ঞ তৌরগা ভুংদা অমুক হন্না থোংলিবা চাক ঈরশাং অহুদগী শরুক খরদ লোরগা উচেক রায়া, তীল-কাওবচিংবগীদমক

পীবসি প্রহুত যজ্ঞনি, ব্রাহ্মণনচি‌ংবা য়ুমদা লাকপা অতিথিশিংগী সেবা তৌবা নত্রগা ভিক্ষা পীবসি ব্রাহ্মাহুত যজ্ঞনি, অহুগা ওমজবা পোৎনা নত্রগা ঈশিংনা পিতরশিংগী তর্পণ তৌবসি প্রাশিত যজ্ঞনি।"

হায়রিবা যজ্ঞ মঙাসি যমগী মপু ওইহুনা লৈরিবা মীনা নত্রগা মাগী মহুৎশিন্দুনা লৈবা মীনা নুমিৎ খুদিংগী শোয়দনা তৌগদবনি মহুদগী মহাক ইমুং মনুংগী মী পুম্নমক্কা লোয়ননা ইহলোক অমসুং পরলোক অনীমক্কা চাওখৎপা ঙমগনি , নত্রবদি লৈখা তাগনি। তুংদা ভগবান্নসু অসুম্না হায়গনি—"নায়ং লোকোঽস্ত্যযজ্ঞস্য কুতোঽন্যঃ কুরুসত্তম।" (৪/৩১)— "যজ্ঞশিং অসিগী মনুংদা অমত্তং যাওবা তৌদবা মীহুগীদি জীব পুম্নমক্কী চঙজফম ওইহুনা লৈরিবা পৃথিবী লোক অসি যাওবসু লৈতে (মানা ফংবা ঙমদে), স্বর্গনচিংবা অথোইবা লোকপুদি মহাক্কা করম্না ফংবা ঙমগনি ?"

মরম অসিনা যজ্ঞ তৌহুনা লৈরবতদা মীনা দেবতা ওইবা ঙমগদবনি। শ্রুতিনসু অসুম্না তাক্লি—"যজ্ঞো হি দেবানাং যজ্ঞেন দেবা দিবং গতা" (মহানা উ ২১/২)— "যজ্ঞসি দেবতাশিংগীনি যজ্ঞনা মরম ওইহুনা মীওইবনা দেবতা ওইরগা স্বর্গদা চৎখি।" ধর্ম্মগী মউ যজ্ঞনি হায়বসিসু অসুম্না তাক্লি—"ত্রযো ধর্ম্মস্কন্ধা যজ্ঞোঽধ্যয়নং দানমিতি॥" (ছা উ ২/২৩/১) —"যজ্ঞ, অধ্যয়ন (বেদনচিংবা ধর্ম্মগী লাইরিকশিংবু তম্বা অমসুং পাবা) অহুগা দান তৌবা অহুম অসি ধর্ম্মগী মউনি।" অহুমসি লোয়ন লোয়ননা শোয়দনা তৌগদবনি। মরমদি যজ্ঞ তৌত্রবদি দান তৌহুনা লৈরবসু অরেম্বদা তাই হায়বসি অসুম্না তাকলি— "অযজ্বান সনকাঃ প্রেতিমিয়ু" (ঋগ ১/৩৩/৪)—"যজ্ঞ তৌদনা দানতা তৌহুনা লৈবা মীশিং অরেম্বদা মাঙই।" অযজ্ঞিযো হতবর্চ্চা ভবতি" (অথর্ব্ব ১২/২/৩৭) "যজ্ঞ তৌদবা মী মতীক মগুণ চাউদে, মকা লামদে।" মরম অসিনা মহাযজ্ঞ মঙাবু তৌহুনা লৈরবগীদমক মী খুদিংমক্কা হোৎনফম থোকই। (পঞ্চ মহাযজ্ঞ করম্না তৌবা হৌনৈ হায়বসিদি "কম্ম গী লম্বী" কৌবা লাইরিক্তা য়েংলগা খঙবা ঙমগনি, মহুদা মী খুদিংমক্কা তৌবা ঙমফম থোকপশিং শম্না লায়না তাক্লি)॥ ১২॥

হৌজিক যজ্ঞ মঙাসিবু তৌহুনা লৈবা অমসুং লৈতবা মীশিংনা যংগদবা মহৈবু অসুম্না তাক্লি—

**যজ্ঞশিষ্টাশিনঃ সন্তো মুচ্যন্তে সর্ব্বকিল্বিষৈঃ।**
**ভুঞ্জতে তে ত্বঘং পাপা যে পচন্ত্যাত্মকারণাৎ ॥ ১৩॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — যজ্ঞশিষ্টাশিন সন্ত =মহাযজ্ঞ মঙাবু তৌরগা লেমহৌববু চাদুনা থক্লুনা লৈবা অফবা মীশিং, সর্ব্বকিল্বিষৈ মুচ্যন্তে=পাপ পুম্নমক্কী লাম্থোক্লুনা লৈ, যে পাপা = অহুগা পাপী ওইবা মীশিং অহুনা, আত্মকারণাৎ পচন্তি=সুপ্না মশাগীদমক চাক ঈনশাং থোংথক্লুনা লৈ, তে তু=মখোয় অহুদি, অঘং ভুঞ্জতে=পাপতবু চাদুনা লৈ। ১৩।

**অপুনবা অর্থ** — যজ্ঞ মঙাদগী লেমহৌবা অহুবু চাদুনা থক্লুনা লৈবা অক্নবা মী শিংদি পাপ পুম্নমক্তগী লাম্থোকই অহুগা সুপ্না মশাগীদমক চাক ঈনশাং থোং থাক্লুনা লৈবা পাপী ওইবা মীশিং দি পাপতবু চাদুনা লৈ ॥ ১৩ ॥

অথূপ্পা বা

য়ুম পান্দুনা লৈবা মীশিং গী যুমদা থম্লিবা শুম্বল, চক্কী (চক্রী) লৈরঙ, ঈশিং চফু অমস্তুং উমজিং মঙা অসিদগী খঙবা লৈতনা মুমিং খদিংগী মরাল লৈজদবা জীব কয়ামুক শি। মহুদগী ওইরকপা পাপ অমস্তুং মহু নত্তবা খঙদনা ওইখিবা পাপ পুম্নমকসি যজ্ঞ মঙাসিবু তৌবদগী কোকথোকপা ঙম্মী। মসিদ নত্তনা ঋষি ঋণ, দেব ঋণ অমস্তুং পিতৃ ঋণ লম্মন অহুমসিবু লৌদুনা লাকপা অহুগীস্তু লম্মন কোকথোকপা ঙম্মী। মরম অসিনা যজ্ঞ মঙা তৌবদগী লেমহৌবা অমৃতগী মশক ওইবা চাক ঈনশাংহু চাদুনা লৈবা মী-শিং পাপশিংহুদগী নাম্থোক্লুনা লৈ তাকপনি। মসিবু মনুনস্তু অস্তুম্না হায়রি—

পঞ্চৈতান্ যো মহাযজ্ঞান্ন হাপ‍ন্তি শক্তিতঃ।
স গৃহেঽপি বসন্নিত্যং সুনাদোষৈর্নলিপ্যতে ॥ (৩ ৭১)

"মী অহুনা মহাযজ্ঞ মঙাসিবু ঙম্ব মথৌ থাদোক্লুনা তৌহুনা লৈরবদি মহাক যমদা লৈরবস্তু শুম্বমচি বদগী জীবশিংবু হাৎপগী পাপশিংহু ফ দে।"

অহুগা মসিগী ওন্ন তৈননা মবুক থম্নবতা হোংবদুনা সুপ্না মশাগীদমক চাক ঈনশাং থোংলগা চাবা মী শিংদি মথক্তা হায়গ্রিবা পাপশিংদগী লাম্থোকপা ঙমদহুনা পাপী ওইহুনা লৈ, অহুগা মথোয়না চারিবা চাক ঈনশাংমচিংবহুস্তু পাপ পোক্লবা মরম ওইবদগী পাপকী মশক ওই। মসিগী মরমদা মন্ত্রদ্রষ্টা ঋষিনস্তু লাউহুনা তাক্লি—

মোঘমন্নং বিন্দতেঽপ্রচেতা সত্যংব্রবীমি বধ ইৎ স তস্য।
নার্য্যমণং পুষ্যতি নো সখাযং কেবলা ঘো ভবতি কেবলাদী ॥
(ঋগ্ বেদ ।১২৯।৫)

"থম্মোয লৈতবা অপঙবা মীদনা অরেম্বদা মাঙগদবা চাক ঈনশাংবু চাদুনা লৈ। ঐনা তশেং তশেংনা হায়রিবনি—মানা চারিবা অহু মশামক্তী মাঙননবীদমক্লি। মী অহুনা মানা চারিবা চেঙ চাক অহুবু কত্তুনা আদিত্যানচিংবা দেবতাশিংবু পেলহন্দ্রবদি (অহানবদা মৈদা হোম পীদুনা দেবতাশিংদা কন্দ্রবদি) অহুগা মরূপ মপাংশিংবু (অতিথিনচিংববু) পীজন্দ্রবদি, মবুক থম্নবতা চাবা মরম্না মহাক সুপ্না পাপ ফংহুনা লৈ।

মরম অসিদগী যাজ্ঞবাল্ক্যনস্তু অস্তুম্না হায়রি—

অন্নং পিতৃমনুষেভ্যো দেযমপ্যন্বহং জলম্।
স্বাধ্যাযং সততং কুর্য্যান্ন পচেদন্নমাত্মনে ॥
(যা স্মৃ ১/ ৪)

"ঙমিং খুদিংগী দেব, পিতর, মী নচিংবগীদমক চেও-চাক পীদূনা লৈগদবনি, মহ্ ভমদবা থোক্লবস্ম ঈশিংদি শোয়দনা পীগদবনি, অহুগা পুজা পাঠন চিংবমুস্ম শোয়দনা তৌগদবনি, সূপ্রা মশাগী মবুক থন্নবা চাক ঈনশাং থোংলোইদবনি ॥"

ময়ম অসিদগী পুক্নীংশে নবা হোংনরিবা মী-শিংনা পাপ কোক্লনবগীদমক ঙমিং খুদিংগী যজ্ঞদগী লেমহৌবা অমস্মং অমৃতগী মশক ওইবা চাক ঈনশাংনচিংবহ্রু চাদূনা লৈনবা ভম্ব মখৈ হো নগদবনি ॥ ৩ ॥

সূপ্রা প্রজাপতি ব্রহ্মানা তাকপদগী কর্ম্ম তৌগদবনি হায়বা নত্তে চৎলিবা সংসারচক্রসিগী ময়ম ওইবদগীস্ম কর্ম্ম শোযদনা তৌফম থোকই হায়বসি ভগবান্না মখাগী শ্লোক অহুমদা তাক্লি—

অন্নাদ্ভবন্তি ভূতানি পর্জ্জন্যাদন্নসম্ভবঃ।
যজ্ঞাদ্ভবতি পর্জ্জন্যো যজ্ঞঃ কর্ম্মসমুদ্ভব ॥ ১৪ ॥
কর্ম্ম ব্রহ্মোদ্ভবং বিদ্ধি ব্রহ্মাঽক্ষবসমুদ্ভবম।
তস্মাৎ সর্ব্বগতং ব্রহ্ম নিত্যং যজ্ঞে প্রতিষ্ঠিতম্ ॥ ১৫ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— অন্নাৎ=চীঞ্জাক ওইনা চাখিবা পোৎশিংদগী ওইরকপা রক্ত বীর্য্যনা মরম ওইদুনা ভূতানি ভবন্তি=থরায় পানবশিংগী হকচাংশিংসি পোকই, পর্জ্জন্যাৎ—নোংদগী, অন্নসম্ভব =চীঞ্জাক পোকই, যজ্ঞাৎ=যজ্ঞদগী ওইরকপা অপূর্ব্ব কৌবা ধর্ম্মদগী পর্জ্জন্য ভবতি=নোং পোকই, যজ্ঞ =অপূর্ব্ব কৌবা ধর্ম্মহুদি, কর্ম্মসমুদ্ভব =যজমাননচিংবা অধিকারী ওইবা মী শিংনা তৌরিবা কর্ম্মদগী পোকই ॥ ১৪ ॥ কর্ম্ম=অপূর্ব্ব কৌবা ধর্ম্মগী মরম ওইবা কর্ম্মহ্, ব্রহ্মোদ্ভবং বিদ্ধি—বেদদগী পোকই হাযনা খংউ (বেদনা মখোয়গী মওং মতৌ তাক্লুনা মখোয়বু করম্না তৌগদগে হায়বসি খঙহনবা মরমদগী বেদদগী কর্ম্ম পোকই হায়বনি), ব্রহ্ম—অহুগা বেদসিদি, অক্ষরসমুদ্ভবং—মাঙ-তাকপা লৈতবা পরমাত্মাদগী পোকপনি, তস্মাৎ—ময়ম অসিদগী, সর্ব্বগতং ব্রহ্ম—কর্ম্মনচিংবা পোৎ পূম্নমকপু খঙহনবা মরমদগী মহ্ পূম্নমক্তা শীন্ন লৈবা বেদসি, নিত্যং=মতম পূম্নমক্তা, যজ্ঞে প্রতিষ্ঠিতম—অপূর্ব্ব কৌবা ধর্ম্মদা লৈ। ৫।

অপুনবা অর্থ ঃ— চীঞ্জাক চাবদগী ওইরকপা রক্ত-বীর্য্যনা মরম ওইদুনা থরায়পানবশিংগী হকচাংশিংসি পোকই, চীঞ্জাক্তি নোং তাবদগী পোকই, নোং যজ্ঞদগী ওইরকপা অপূর্ব্ব কৌবা ধর্ম্মদগী পোকই অহুগা অপূর্ব্ব কৌবা ধর্ম্মহুদি যজমান্নচিংবমা তৌবা কর্ম্মদগী পোকই। ১৪। অপূর্ব্ব কৌবা ধর্ম্মগী মরম ওইবা কর্ম্মবু বেদদগী পোকই হায়না খঙউ, অহুগা বেদসিদি মাঙ-তাকপা লৈতবা পরমাত্মাদগী পোকপনি। মরম অসিনা কর্ম্মনচিংবা পোৎ পূম্নমকপু খঙহনবা মরমদগী মখোয়দা শীন্ন লৈবা বেদসি মতম পূম্নমক্তা যজ্ঞগী মশক ওইবা অপূর্ব্ব কৌবা ধর্ম্মদা লৈ। ১৫।

## অথূপ্পা বা

ঐখোয়না চারিবা চীঙ্গাক্কুগী রক্ত বীর্য্য ওইরক্কুনা মতুদগী হকচাং অসি পোকই হায়বসিদি মী পূম্নমক্না খণ্ডনরিবনি। শ্রুতিনস্থু অস্থুম্না হাযরি— "অন্নাদ্ভূতানি জাযন্তে। জাতান্যন্নেন বর্দ্ধন্তে॥" ( তৈ উ ২।২।১ )–"চীঙ্গাক্কুগী হকচাংশিংসি পোকই, পোক্লবা হকচা শিং চীঙ্গাক্না গরম ওইতুনা চাউখৎলি।" মরম অসিনা—"অন্নং ন নিন্দ্যাৎ" (তৈ উ ৩।৭।১১)—"চীঙ্গাক্কী নিন্দা তৌবোইদবনি।" "অনং ন পবিচক্ষীত ( তৈ উ ৩।৮।১ )—"চীঙ্গাকপু থোওইদত্নুনা ছন্দোরক্লোইদবনি। অহাও হাওতা থিদনা যংগিবা চীঙ্গাক অতুবু অমৃতগা মান্নে খন্দূনা চাগদবনি, মতুতদা চারিবা চীঙ্গাক অতুদগী হকচাংসি ফবা ঙমগনি, অনা অয়েক লৈরোই। "সর্ব্বং বৈ তেহন্নমাপ্নুবন্তি যেহন্নং ব্রহ্মোপাসতে।" (তৈ উ ২।২।১) —"মী শিং অহুনা চীঙ্গাকপু পরমাত্মা ব্রহ্মমক্নি নীংতুনা মতুগী উপাসনা তৌতুনা লৈরবদি মখোয়না লেপ্পমক চীঙ্গাক পূম্নমক ফংই।" মরম অসিদগী চীঙ্গাকপু কদৌঙৈদস্থু থোওইদনা অমস্থুং তরাই তরাইনা তৌরোইদবনি।

মতৌ অস্থুম্না নোং তাবদগী যেনশাং নাপীনচি বা চীঙ্গাক পূম্নমক হৌই পোকই হাযবসিস্থু মী পূম্নমক্না নীংথিনা খণ্ডনরিবনি। বেদদদি নোংবু প্রাণগী মশক ওইনস্থু হায। "যৎ প্রাণঃ স্তনযিতুনাঽভিক্রন্দত্যোষধী। প্রবী"ন্তে গর্ভান্দধতেঽথো বহ্বীর্বিজাযন্তে॥" (অথর্ব্ব ১১।৪।৩) — নোংগী মশক ওইবা প্রাণসিনা লাউ খোংতুনা লৈবাক্তা লৈরিবা য়েনশাং নাপীনচিংবগী মফমদা পাউ থারকই মতম অতুদা মখোয় যাম্না পেল্লী গভধারণ তৌই অমস্থুং য়াম্না চাওখৎপা পোকই।" বেদনা ঈশিংবু প্রাণনি হায়বগী মরমদি করিমত্ত চাত্রবস্থু ঈশিং থক্কুনা লৈরবদি মী শিংদে প্রাণ ধারণ তৌথুনা লৈ অতুগা ঈশিং করিমত্ত থক্তুবদি য়াম্না থুনা শি। মবম অসিনা শ্রুতিনস্থু অস্থুম্না হাযরি— "আপোময প্রাণ৹ (ছা উ ৬।৫।৪)— "প্রাণ অসি ঈশিংগী মশক্নি।"

নোং যজ্ঞদগী পোকই অতুগা যজ্ঞ কর্ম্মদগী পোকই হায়বসিগী মরমদদি নীংথিনা বিচার তৌফম থোকই। অরাযবা অর্থদদি যজ্ঞ অমস্থুং কর্ম্মদা করিমত্ত খেন্নদে। বেদনচিংবা ধর্ম্মশাস্ত্রশিংনা তৌ তাকপা কম্মমক যজ্ঞনি। অতুবু মফম অসিদদি যজ্ঞদগী নোং পোকই অতুগা কর্ম্মদগী যজ্ঞ পোকই হায়রি। মসিদা কম্মমক যজ্ঞ ওইরবদি কর্ম্মদগী যজ্ঞ পোকপা য়ারোই মশামক্কুগী মশামক পোকপা য়াদে চক্ষুদগী চক্ষু পোক্কে। মবম অসিনা যজ্ঞবু কর্ম্মদগী পোকপনি হায়রবদি যজ্ঞগী অর্থ অতোপ্পা অমা লৌবা তাই। মসিদ নত্তুনা কম্মগী মশক ওইবা যজ্ঞদগীস্থু নোং পোকপা য়ারোই। মরমদি করিগুম্বা থবক ( কার্য্য ) অমগী মরম ( কারণ ) অসি থবক অতু পোক্লিঙৈগী মমাঙগী মীৎকূপ ফাওবা শোয়দনা লৈগদবনি মতম অতুদা মতু লৈত্রবদি থবক অতুগী কারণ ওইবা যারোই। শিগ্রবা চক্ষু শাবা মী শাগদৌরিবা চক্ষুগী কদৌঙৈদস্থু কারণ ওইদে, মহাক চক্ষু পোকপগী মমাঙগী মীৎকুপ ফাওবা নত্রগা মতুং যাওবা লৈরবতদা চক্ষুতুগী কারণ ওইগদবনি। মতৌ অস্থুম্না কর্ম্মগী মশক ওইবা যজ্ঞদি ক্রিয়া ওইবা মরমদগী, তৌবগা লোয়ন লোয়ননা মাঙই,

নোং তাবগ মতম ফাওবা লৈতে, লৈতবা যজ্ঞনু নোং তাবগী কদোঁইদগম্না মরম ( কারণ ) ওইবা য়ারোই। মরম অসিনা জৈমিনি মহর্ষিনচিংবা কর্ম্মমীমাংসকশিংনা কর্ম্মগী মহৈ ফত্রিবা ফাওবা লৈবা য়াবা অমসুং কর্ম্মদগী পোকপা অপূর্ব্ব কৌবা ধর্ম্ম অমা লৈ হায়না য়াই। কর্ম্ম তৌত্রিঙৈগী মমাঙদা অহানবদা লৈতবা অমসু কর্ম্ম তৌবগা লোয়ন লোয়ননা পোকপা স স্কারগী মশক ওইবা ধর্ম্মবু ( পাপ নত্রগা পুণ্যবু ) অপূর্ব্ব কৌই। মহ কর্ম্মগী ফল লাক্লিবা ফাওবা লৈ। মরম অসিনা কর্ম্মগী ফলগী কারণ অপর্ববনি। মরম অসিদগী মক্কমসিদা কর্ম্মদগী যজ্ঞ পোকই হায়বসিদা যজ্ঞগী অর্থ অপূর্ব্ব কৌবা ধর্ম্ম লৌগদবনি। মরম অসিদগী নোং পোকই। নো অসি করম তৌনা শর্ম্মসিদগী পোকই হায়বসি মনুস্মৃতিদা অস্সুম্না তাক্লি—

অগ্নৌ প্রাস্তাহুতি সম্যগাদিত্যমুপতিষ্ঠতে।
আদিত্যাজ্জায়তে বৃষ্টির্ বৃষ্টেরন্নং ততঃ প্রজাঃ॥ ( ৩।৭৬ )

"মৈদা নীংথিনা পীগ্রবা আহুতি ( হোম ) অসি নুমিংকী মঙাল্দা চাইনা লৈরিবা অমসুং রসগী মশক ওইবা ঈশিং মকুপশিংবু খোমজিন্দুনা নোং মংবগী মশক ওইহনবা মরমদগী নুমিং থাওবা য়োই। মতৌ অস্সুম্না নুমিত্তগী নোং তাই, নোং তাবদগী ফোর্নচিংবা চীঙাক পোকই অদুগা চীঙাক্কগী হকচাংশিং পোকই।"

নুমিত্তগী নোং তাই হায়বসিবু মহানারায়ণোপনিষদসু অস্সুম্না তাক্লি— "যাভিরাদিত্যস্তপতি রশ্মিভিস্তাভিঃ পর্জ্জন্যো বর্ষতি" ( ২৩।১ )— নুমিংসি মাগী মঙালশিংনা শাই অদুগা মঙালশিং অহনা মরম ওইহনা নোং তাই। মসিদ নত্তনা শুক্লযজুর্ব্বেদগী শতপথ ব্রাহ্মণদসু জনকনা যাজ্ঞবল্ক্যবু অগ্নিহোত্রদগী কবম্না নোং তাই হায়বসি অস্সুম্না তাক্লি— "তে বা এতে আহুতী হুতে উৎক্রামতঃ। তে অন্তরিক্ষমাবিশতঃ তে অন্তরিক্ষমেবাহবনীয়ং কুর্ব্বাতেবায়ুং সমিধং মরীচীরেব শুক্রামাহুতিং তে অন্তরিক্ষং তর্পয়ত॥ তে তত উৎক্রামত, দিবমাবিশত তে দিবমেবাহবনীয়ং কুর্ব্বাতে আদিত্যং সমিধং চন্দ্রমসমেব শুক্রামাহুতিম্, তে দিবং তর্পয়ত, তে তত আবর্ত্তেতে।" ( শতপথ ১১।৬।২।৬ ৭ )— "অগ্নিহোত্র কৌবা হোমদা নুমিং খুদিংগী অযুক নুমিদাংদা পীরিবা আহুতি অনীসি মথক্লোমদা চংখংলী মথোয় অনীসি অন্তরিক্ষ লোকতা ( অহাঙবা আকাশতা ) চঙই মখোয় অনীনা অন্তরিক্ষ লোকপু আহবনীয়কুণ্ড ( মৈদা হোম পীনবা কুণ্ড ) শাই মহুদা নু শিংসি হোমগী শীং নী, নুমিংকী মঙাল পবিত্র ওইবা আহুতি নী ( অগ্নিহোত্রগী আহুতি অনীহু অহাঙবা আকাশ য়োৎগা নুংশিংমা মসুম ওইহনা নুমিংকী মঙালগা লোয়ননা শেংনা শীন থুংনা লৈ ) মতৌ অস্সুম্না মখোয় অনীনা অন্তরিক্ষ লোকপু পেলহনী। মহুদগী মতুংদা অনীহু অমুক ২ম্না মথকলোমদা চংলী অমসুং দ্যুলোকতা চঙই মখোয় অনীনা দ্যুলোকপু আহবনীয কুণ্ড শাই মহুদা নুমি সি হোম পীনবা শীংনী অদুগা থা অসিনা অশেংবা আহুতি-নী, মতৌ অস্সুম্না নুমিং অমসুং থাগী মঙালগা তিন্নহনা মখোয় অনীনা দ্যুলোকপু

পেলহল্লী মহুদগী মখোয় অনীসি পৃথিবীদা অমুক হন্না কুমথহনা লাকই ( মথক্তা লৈবা ঈশিংগা লোয়নবা নোং ওইনা লাকই )।"

মরম অসিদগী যজ্ঞদগী নোং পোকই হায়বসিদা করিমত্ত চিংনফম থোক্তে। জনককী অসিগুম্বা যুক্তি যুক্ত ওইবা পাউথুমসি তারগা যাজ্ঞবল্ক্যাদি য়াম্না পেন্দুনা জনকপু কাম প্রশ্ন ( মতম পুম্নমক্তা হংনীংবা বাহং হংনবা ) বর পীখি। মসিদ নত্তনা নোং তাত্রবদি মহ্ তাহন্নবগীদমক— কারীর্য্যা যজেত বৃষ্টিকাম "— "নোং তাহনবা পাম্বা মীনা কারীরী কৌবা যজ্ঞ তৌ" হায়না বেদনা তাক্লি। অহুগা দর্শ পর্ণিমাস যাগগী প্রসঙ্গদসু যজমাননা নোং তাহনবা পায়বদি পর্জ্জন্য ইষ্টি তৌনবা— "স যদি বৃষ্টিকামং স্যাৎ" ( শু যজু শতপথ ১।৫।২।১৯ ) অসিনচিংবা হায়রি। মরম অসিনা ভগবান্না যজ্ঞদগী নোং পোকই তাকপনি।

পরমাত্মাদগী বেদ পোকই হায়বসিবুসু বেদ মশামক্তা অসুম্না তাক্লি— "তস্মাদ যজ্ঞাৎ সর্ব্বহুত ঋচঃ সামানি জজ্ঞিরে। ছন্দাংসি জজ্ঞিরে তস্মাদ যজুস্তস্মাদজায়ত।" ( ঋগ্ ১। ৯।৯)—"বিরাট রূপকী মশক ওইবা, পূজা তৌনফম ওইবা অমসুং প্রাণী পুম্নমক্কা মাগীদমক হোম পীব্রিবা পরমাত্মাদগী ঋগ্বেদ অমসুং সামবেদ পোকখি। মণোন্দগী গায়ত্রীনচিংবা ছন্দশিং পোকখি, মণোন্দগী যজুর্ব্বেদ পোকখি।" পরমাত্মানা বেদশিংবু পোকপা অহুদা করিমত্ত নোম লীকপা তৌদে, ঐংখায়না নুংশাম্বর হোনবদা ঈনোম নোমদনা হোনবগুম্না মানা করিমত্ত নোমদনা বেদশিংবু পোকথোকই হায়বসিবুসু অসুম্না তাক্লি— "অস্য মহতো ভূতস্য নিশ্বশিতমেতদ যদৃগ্বেদো যজুর্ব্বেদ সামবেদোহথর্ব্বাঙ্গিরস" ( বৃ উ ২।৪।১ )—"সর্ব্বশক্তিমান পরমাত্মা অহুদগী ঋগ্, সাম, যজু অমসুং অথর্ব্ববেদ পোকপসিদি মাগী নুংশাম্বর হোনবগা চপ মান্নবনি।"

বেদগী অর্থ জ্ঞাননি "বিদ জ্ঞানে" ধাতুদগী "বেদ" কৌবা বাহৈ অসি শাখিবনি। সংসারগী পোৎ পুম্নমক্কী জ্ঞান বেদগী মন্নুংদা থিরবদি ফংবা ঙমগনি। জ্ঞান, চিৎ অমসুং চেতন অর্থ অমতগী বাহৈশিংনি চেতন সংসারগী অচৎ চত্ত পোৎ পুম্নমক্কা শীন্ন থুংনা লৈরিবনি। মরম অসিনা ভগবান্না বেদবু শীন্ন থুংনা লৈ তাকপনি। শীন্ন থুংনা লৈরবসু জ্ঞানগী মশক ওইবা বেদগী চংজফম ওইনা বিষয় (object) লৈরবত্তদা মহাক ফোঙদোকপা ঙম্মী, বিষয় লৈতনা জ্ঞান ফোঙদে। মহুদা মরু ওইনা যজ্ঞদগী ওইরকপা অপূর্ব্ব কৌবা ধর্ম্মসি মাগী বিষয় ওইবা মরম্না মহুদা লৈ হায়বনি, মরমদি পাপ পুণ্যগী মশক ওইবা অপূর্ব্বগী মতুংইন্না সংসার পুম্নমক ফোঙদোক্নুনা লৈরিবনি, অহুগা সংসারসি বেদগী বিষয়নি। মসি পুম্নমকসিবু ভগবান্না শ্লোক অনীসিদা য়াম্না থুপ্না অর্জ্জুনবু তাকখিবনি॥ ৪ ১৫॥

হায়প্রিবা বাশিংসিদগী করি ওইগনি হায়বসি তাক্লি—

এবং প্রবর্ত্তিতং চক্রং নাহনুবর্ত্তয়তীহ যঃ।
অঘায়ুরিন্দ্রিয়ারামো মোঘং পার্থ স জীবতি ॥ ১৬ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—** পার্থ=পৃথাগী মচা, হে অর্জ্জুন। য =মীহুনা, ইহ—সংসারসিদা লৈরগা, এবং—মতৌ অসুম্না, প্রবর্ত্তিতং চক্রং—কর্ম্মনা মরম ওইহুনা চংলিবা সংসার চক্রসিগী, ন অনুবর্ত্তয়তি=মতুং ইন্না চত্রবদি, স =মহাক অহু, অঘায়ু —পাপকী পুন্সি লেন্দুনা, ইন্দ্রিয়ারাম — অমসুং ইন্দ্রিয়শিংনা বিষয়শিংগী ভোগ তৌহুনা, মোঘং জীবতি—অরেম্বদা হিংহুনা লৈ। ১৬।

**অপুনবা অর্থ** — হে অর্জ্জুন। মীহুনা সংসারসিদা লৈরগা মতৌ অসুম্না কর্ম্মনা মরম ওইহুনা চংলিবা সংসার চক্রসিগী মতুং ইন্না চত্রবদি মহাক অহু পাপকী পুন্সি লেন্দুনা অমসুং ইন্দ্রিয়শিংনা বিষয়ভোগ তৌহুনা অরেম্বদা হিংহুনা লৈ ॥ ১৬॥

অথূপ্পা বা

মহাপ্রলয়গী মতু দা অনৌবা সৃষ্টি অমসুং স্থিতিগী মতুংদা অমুক হন্না মহাপ্রলয় — মতৌ অসুম্না সংসার চক্রসি চংলিবনি। মহুদা অহান্বা কল্পদা ( সৃষ্টিদা ) ওইখিবা পোৎ পূম্নমক অহু কর্ম্মগী মতুং ইন্না অনৌবা কল্পসিদসু ওইরিবনি। মসিবু শ্রুতিনা অসুম্না তাক্লি -

সূর্য্যাচন্দ্রমসৌ ধাতা যথা পূর্ব্বমকল্পয়ৎ।
দিবঞ্চ পৃথিবীঞ্চান্তরিক্ষমথো স্ব ॥ ( ঋগ ১ ।৯ ।৩)

"সংসারবু শেম্বী শাবীবা মপুনা মুমিং থা, দ্যুলোক, পৃথিবী লোক, অন্তরিক্ষলোক অমসুং স্বর্গলোক অসিনচিংবা পূম্নমকপু অহানবগী কল্পদা ওইখিবা অহুমক্কুম্না শেম্বীখি ।"

মসিবু খুদমগা লোয়ননা মহাভারত্তা অসুম্না ইরি —

যথর্তু ঋতুলিঙ্গানি নানারূপাণি পর্য্যযে।
দৃশ্যন্তে তানি তান্যেব তথা ভাবা যুগাদিষু।
( মহাভা শান্তি ২১ /১৭ )

"বসন্ত ঋতুনচিংবা ঋতুশিংদা ঋতুগী চিহ্ন ওইবা মথল-মখা অয়াম্বা অনৌ অনৌবা মশক মতৌশিংহু ( অনৌবা উমা বামা, উহৈ বাহৈনচিংবহু ) অহানবদা হৌত্রবা ঋতুশিংগী মতুং ইন্না মতুগা চপ মান্নবা উই মতৌ অসুম্না অহানবা কল্পদা লৈখিবা পোৎ পূম্নমক অহুগা চপ মান্নবা অনৌবা কল্পগী হৌবা মতমদসু পোৎশিং অহু পোকই।"

মসিগী মতুমদি থবায়পানবশিংনা তৌখিবা পাপ পুণ্যগী মশক ওইবা কর্ম্মশিংহুগী মহৈশিং কল্প অমদা চাহুনা লোইখিদে, মখোয়হু সঞ্চিত কর্ম্ম ওইহুনা লৈহৌই। অহুগা লৈহৌরিবা কর্ম্মশিংহুবু লোদূনা অমুক হন্না পরমাত্মানা অনৌবা কল্প অমা শেমই। মসিবুসু অসুম্না তাক্লি—

তেষাং যে যানি কর্ম্মাণি প্রাকৃসৃষ্ট্যাং প্রতিপেদিরে।
তান্যেব তে প্রপদ্যন্তে সৃজ্যমানাঃ পুনঃ পুনঃ ॥

(ম ভা শা প ২৩২/১৩)

"অ্ম ানবগী সৃষ্টিদা থবায়পানশিংনা তৌখিবা কর্ম্মশিংহুদগী মহৈ চাদনা লৈহৌবা কর্ম্মশিংহুবু মতুংগী সৃষ্টিদা হন্না হন্না পোক্লিবা জীবশিংনা ফংহুনা লৈ।"

মতৌ অসুম্না অনৌবা সৃষ্টি তৌরবা মতুংদা মহুদা পোক্লিবা জীবশিংবু অফবা ধর্ম্ম ওইবা কর্ম্ম তৌহনগে হায়বগীদমক পরমাত্মানা জ্ঞানগী মশক ওইবা বেদবু ফোঙদোকই, মহুদগী কর্ম্মজ্ঞান কর্ম্মজ্ঞানদগী কর্ম্মানুষ্ঠান মহুদগী মোং, মো দগী চীঙাক, চীঙাক্তগী কর্ম্মগী মতু, ইন্না হকচাংশিং পোকই। মসি ঙমখৈ লৈতবা মতমদগী হৌহুনা অমসু হন্না হন্না ওইহুনা মতুংদসু ঙমখৈ লৈতবা মতম ফাওবা সংসারচক্রসি চত্তুনা লৈগদবনি। মতৌ অসুম্না কর্ম্মনা মরম ওইহনা চংলিবা সংসারচক্রসিদা চঙহুনা লৈরিবা জীবশিংনা ধর্ম্মগী মশক ওইবা অফবা কর্ম্মশিংবু শোয়দনা তৌহনা লৈগদবনি ধর্ম্ম তৌহুনা লৈরবদি সংসারচক্রসিদগী নাম্থোকপা ঙমগনি নত্রবদি সংসার-চক্রদগী নাম্থোকপগী আশা তৌবা য়াদে। ধর্ম্ম তৌদনা পাপ তৌহুনা ইন্দ্রিয়শিংবু পেন্নবা বিষয়ভোগতা পূক্নীং থিংজিন্দুনা থম্লবদি ফত্তবা মপোক শোযদনা ফংগনি অহুগা হিংহুনা লৈবসিসু অরেম্বদা তাগনি, অসুম্না হিংহুনা লৈবসিগী মহূত্তা শিখিবনা থোইনা ফৈ হায়বসিবু ভগবান্না মী পূম্নমক্কী ওইনা অর্জ্জুনবু লৌহুনা তাক্লিবনি ॥১৫॥

পূক্নীং নীংথিনা শেংত্রিবা অজ্ঞানী ওইবা মীনা আত্মজ্ঞান ফংনবগীদমক মহৈ পাম্বা তৌদনা কর্ম্ম শোয়দনা তৌহুনা লৈফম থোকই হায়বসি "ন কর্ম্মণামনারম্ভাৎ অসিনচিংবা মরিশুবা শ্লোক্তগী রৌহনা তাক্লগা হৌজিক পূক্নীং শেংখিহুনা আত্মজ্ঞান ফংলবা মীনা তৌফম ওইবা কর্ম্ম লৈতে হায়বসি ভাবান্না তাক্লি—

যস্ত্বাত্মরতিরেব স্যাদাত্মতৃপ্তশ্চ মানব।
আত্মন্যেব চ সন্তুষ্টস্তস্য কার্য্যং ন বিদ্যতে ॥১৭॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — য তু মানব = অহুগা মী অহু, আত্মরতি এব = আত্মাদবু পামহুনা মহুদা পূক্নীং থি জিন্দুনা, আত্মতৃপ্তশ্চ = আত্মাদনা সংসারগী বিষয়শিংদা খৌরাংবা কোত্নুনা, আত্মনি এব চ = অমসুং আত্মাতদা, সন্তুষ্টঃ স্যাৎ = পেন্দুনা লৈ, তস্য = মহাক অহুগী, কার্য্যং ন বিদ্যতে— মথৌ ওইনা তৌফম থোকপা কর্ম্ম অমত্ত লৈতে ॥১৭॥

**অপ্যুবা অর্থঃ**— অহুগা মী অহুনা আত্মাদবু পামহুনা মহুদা পূক্নীং থিংজিন্দুনা, আত্মাদনা বিষয়শিংগী খৌরাংবা কোত্নুনা অমসুং আত্মদতা পেন্দুনা লৈরবদি মহাক্কী মথৌ ওইনা তৌফম থোকপা কর্ম্ম অমত্ত লৈতে ॥১৭॥

## অথুপ্পা বা

নিষ্কামকর্ম্ম তৌবদগী অন্তঃকরণ (পুক্নীং) শেংদুনা আত্মজ্ঞান ফংলবা মীগী মীৎয়েংদা সংসার পুম্নমকসি মওদা উবা পোৎকুম্না মিথ্যা ওইনা উই, মহদা পুক্নীং থিংজিন্দে, পোৎশিংদু মাগীনি হায়বা খন্দে, মকম পুম্নমক্তা অমস্থং পোৎ পুম্নমক্তা মশাগী শককম ওইবা পরমাত্মা ব্রহ্ম তবু মানা উই। মরম অসিনা মহাক আত্মতদা পুক্নীং থিংজিন্নুনা লৈ। অসিগুম্বা জ্ঞানী ওইবা মীগী মরমদা সনৎকুমারনা নারদপু অস্থুম্না হায়— "আত্মৈবাধস্তাদাত্মোপরিষ্টাদাত্মা পশ্চাদাত্মাপুরস্তাদাত্মা দক্ষিণত আত্মোত্তরত আত্মৈবেদং সর্ব্বমিতি স বা এষ এবং পশ্যন্নেবং মন্বান এবং বিজানন্নাত্মরতিরাত্মক্রীড আত্মমিথুন আত্মানন্দঃ স স্বরাড ভবতি।" (ছা উ ৭।২৫।২)
—"মখাদা লৈবা পোৎ পুম্নমক আত্মমক্তি, মথক্তুসু আত্মানি, নোংচুপ্তসু আত্মানি মাঙদসু (নোংপোক্তসু) আত্মানি খা মায়কৈদসু আত্মানি, অমস্থং অরাংদসু আত্মানি হায়না অচৎ-চন্ত লেঙলি পাল্লিবা পুম্নমকপু আত্মানি য়েংবা, খনবা, খঙবা মীসি আত্মাদবু পামজে আত্মাদগা শান্নে, আত্মাদগা তিন্নে অমসু আত্মাতদা নুংঙাইজে মরম অসিনা মহাক স্বরাট্ ওই (মশা মতোমদা মনীং তম্বা নিংথৌ ওইদুনা লৈ, মহাক অতোপ্পগী মখা পোন্দে।"

মতৌ অস্থুম্না আত্মাগী নুংঙাইবগী ঈথক্তা তাউদুনা লৈবা মীগীদমক সংসারগী পোৎ পামদুনা মহু ফংনবা তৌফম ওইনা তৌবা মথৌ করিমত্ত লৈতে।১৭।

জ্ঞানীগী মরমদা মথক্তা হায়রিবা বাসিগী মরম তাক্তুনা ভগবান্না অমুক হন্না অস্থুম্না হায়রি—

**নৈব তস্য কৃতেনার্থো নাকৃতেনেহ কশ্চন।**
**ন চাস্য সর্ব্বভূতেষু কশ্চিদর্থব্যপাশ্রয়ঃ ॥ ১৮ ॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—** ইহ=সংসারসিদা, তস্য—আত্মরতি ওইবা জ্ঞানীদুগী, কৃতেন—শাস্ত্রনা তৌ তাকপা কর্ম্ম তৌবনা, কশ্চন অর্থ ন—ফংবা য়াবা স্বর্গনচিংবসি করিস্থ কান্নফম লৈতে, অকৃতেন—অদুগা নিত্যকর্ম্মনচিংবা তৌদবনসু, কশ্চন ন—করিস্থ মাঙদে (পাপ ওইদে), চ=মসিগী মরমদি সর্ব্বভূতেষু=ব্রহ্মাদগী হৌদুনা লৈরিবা থবায়পানবশিংদা, অস্য—জ্ঞানীদুগী, কশ্চিৎ—করিগুম্বা, অর্থব্যপাশ্রয় ন—কান্নবগী নত্রগা মাঙবগী মরী লৈতে।১৮।

**অপুনবা অর্থ ঃ—** সংসারসিদা জ্ঞানীদুগী কর্ম্ম তৌবদগী করিস্থ কান্নফম লৈতে অদুগা নিত্যকর্ম্ম তৌদবদগীসু করিস্থ মাঙদে। মরমদি কনাগুম্বা মী অমগা মরী লৈনদুনা মাগী মতেং লৌরগা কান্নবা য়াবা থবক অমত্ত মাগী লৈতে, মরী লৈনদবদগী মাঙবা যাবসু লৈতে।১৮।

## অথুপ্পা বা

সাধারণ ওইবা (অচম্বা) মীশিংনা স্বর্গনচিংবা ফংনবা নত্রগা পাপ কোক্নবা শাস্ত্রনা তৌ হায়রবা তাকপা কর্ম্মশিংসু তৌনৈ। অদুবু জ্ঞানী ওইবা মীদি স্বর্গনচিংবা পামদবা মরম্না কর্ম্মশিংদু তৌদে, অদুগা নিত্যকর্ম্ম তৌদবদগী পাপসু ফংদে। মরমদি মহাক্না মতম পুম্নমক্তা মশামকপু

পাপ অমস্তু, পূণ্য অনীমক লৈতবা ব্রহ্মগী মশক ওইনা খঙই। অদুগা মোক্ষগীদমক কর্ম্ম তৌবসিস্তু মাগী মফমদুদি করিস্তু কাম্নকম লৈতে, মরমদি মহাক জ্ঞানী ওইবদগী হিংনা িংনা মুক্তি ফংহুনা লৈ। মসিদ নত্তুনা কর্ম্মদগী মোক্ষ ফংবস্তু য়াদে, কর্ম্মদি সুপ্না নিষ্কাম ভাবতা তৌরগা অন্তঃ করণ (পুক্নীং) শেংনবগীদমক্তি, মোক্ষদি জ্ঞানদগী ওই। মরম অসিনা শ্রুতিনস্তু অস্নুম্না হায়রি—
"পরীক্ষ্য লোকান্ কর্ম্মচিতান্ ব্রাহ্মণো নির্ব্বেদমায়ান্নাস্ত্যকৃতঃ কৃতেন" (মু উ ১।২।২২)
— "কর্ম্ম তৌরগা তানশিনবা স্বর্গনচিংবা ভোগ্য ওইবা পোং পুম্নমকপু পরীক্ষা তৌরনা য়েংলগা কর্ম্মনা অকৃত (নিত্য) ওইবা মোক্ষ ফংবা য়াদে হায়বসি লেপ্পুনা মোক্ষ পাম্বা মীনা কর্ম্মদগী ফংগদবা ভোগ্য ওইবা পোং পুম্নমক্তগী বৈরাগ্য তৌগদবনি।"

মসিগী মরমদি কর্ম্মনা তানশিনবা পোং পুম্নমকসি অনিত্যনি, মতম পুম্নমক্তা লেঙদনা লৈবা পোং নত্তে, মোক্ষদি ব্রহ্মগী মশক্তি, মহ মতম পুম্নমক্তা লেঙদনা লৈ, কর্ম্মনা শাবা পোং নত্তে মহুদি জ্ঞাননা অজ্ঞান মাঙহল্লবতদা ফোঙদোকই, অহানবদা শৈরমদে হায়বা নত্তে, সুপ্না অজ্ঞাননা মরম ওইহুনা অহানবদা জীবনা পুন্দুনা লৈবগুম উবনি। জ্ঞাননা অজ্ঞান মাঙখ্রবা মতমদা "ঐদি মতম পুম্নমক্তা পুনবদগী নাম্থোক্তুনা (মুক্ত ওইহুনা) লৈ, পংদুনা (অপংবা ওইবদগী) পুন্দুনা লৈ হায়না ঐনা খঙলম্বনি" হায়বসি লেপ্লতনি। মরম অসিনা জ্ঞানীনা কর্ম্ম তৌবসি অরেম্বনি, মাগীদমক করিস্তু কাম্নকম লৈতে। অজ্ঞানী ওইবা মীদনা মঙোন্দা পাপ পুণ্য অমস্তু, অরা-নুংঙাই লৈ খন্দুনা পাপ কোক্নবা অমস্তু, পুণ্য যংনবা কর্ম্ম তৌবনি। জ্ঞানীগীদি মাগী অশেংবা মশক্তা পাপ পুণ্য অমস্তু, অরা নুংঙাই অমত্ত লৈতে, মসিবু আত্মোপনিষত্তা অস্নুম্না হায়রি— "প্রিয়াঽপ্রিয়ে ন স্পৃশতস্তথৈব চ শুভাঽশুভে" (আ উ ৫)— "জ্ঞানীগী মশক ওইবা অশেংবা আত্মাদা সংসারগী অরা নুংঙাই লৈতে, অদুগা পাপ পুণ্যস্তু লৈতে।" ফীবম অসিদা মানা করি ফংনীংহুনা অমস্তু করি থাদোক্নীংহুনা অতোপ্পগী মতেং লৌরগা মহুগীদমক করম্বা কর্ম্ম তৌগনি? মাদি মঙোন্দগীস্তু অতোপ্পা অমা উদে, "স ইদং সর্ব্বং ভবতি"— "জ্ঞানী লেঙলি পাল্লিবা পুম্নমকসিগী মশক্তি", "ইদং সর্ব্বং যদয়মাত্মা"— "জগৎ পুম্নমকসি আত্মা অসিনি" অসিনচিংবা শ্রুতিশিংনস্তু জ্ঞানীদগী অতোপ্পা অমা লৈতে হায়বসি তাক্লি। মরম অসিদগী মফম অসিদস্তু ভগবান্না মহাক (জ্ঞানী) করাগীস্তু মতেং লৌদে অদুগা করিগুম্বা পোং অমী পাম্বস্তু তৌদে হায়বসি তাক্লিবনি।

অসিগুম্বা জ্ঞানীশিংগীদি কর্ম্ম করিস্তু কান্নদে অদুবু অজ্ঞানীদি ওইবা অদুগা মোক্ষ পাম্বা মীশিংনদি— নিষ্কামকর্ম্ম শোয়দনা তৌহুনা পুক্নীং শেংনবা হোৎনগদবনি, মহুদগী জ্ঞান পোক্নুনা মোক্ষ ফংগনি হায়বসি তাক্লি—

তস্মাদসক্তঃ সততং কার্য্যং কর্ম্ম সমাচর।
অসক্তো হ্যাচরন্ কর্ম্ম পরমাপ্নোতি পূরুষঃ ॥ ১৯ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা :— তস্মাৎ = অজ্ঞানীশিংগীদমক্তদি কর্ম্ম তৌকম থোকপা মম্নমদগী, অসক্ত = মোক্ষ পাম্বা মহাক্না কর্ম্মগী ফল পাম্বদনা, সতত = মতম পুম্নমক্তা, কার্য্য কর্ম্ম = তৌকম্ থোকপা

কর্ম্মবু, সমাচর—তৌহ্নৱা লৈয়ু, হি—মসিগী মরমদি অসক্ত—ফল পাম্বা থাদোক্লগা, কর্ম্ম আচরন্ পুরুষ—কর্ম্ম তৌহ্নৱা লৈক্লিবা মীহ্না, পর, আপ্নোতি=অথোইবা খুবম মোক্ষবু ফ,ই। ১৯।

অপুনবা অর্থ ঃ— মরম অসিদগী মোক্ষ পাম্বা নহাক্না ফল পামদনা তৌকম থোকপা কর্ম্মবু মতম পূম্নমক্তা তৌহ্নৱা লৈয়ু মরমদি ফল পামদনা কর্ম্ম তৌহ্নৱা (অ'শংবা পুক্নীংদা জ্ঞান পোক্নূনা) অথোইবা খুবম মোক্ষবু ফ,ই ॥ ১৯ ॥

অপূপ্পা বা

ব্যবহারদা মীনা করিগুম্বা পোং ফংগে নীংই, অহ্নবু নী বমক্তদা মানা মহ্ ফংনবা হোংনদে পুক্নীংদা নীংই হায়বদনি। মহ্নদা মানা য়াম্না কম্না নীংহ্নৱা মহ্ ফংগে লেপ্পবদি মহ্নগীদমক্ মানা শোয়দনা হোংনৈ। মসিগুমহ্নৱা অয়াম্বা মীনা মোক্ষ ফংগে নীংই, অহ্নবু মহ্ ফনবা কদৌঙৈদম্ পুক্নী লৈতানা হোংনদে পূপ্পা নীংই হায়বতনি। মসিগী মরমদি মথোয়গী অন্তঃকরণহ্ন (পুক্নীংহ্ন) শেংদবদগীনি, অন্তঃকরণ অহ্নক্না মতীক শেংলগা মথোয়গী মোক্ষ ফনীংবা অহ্নক্না মতীক হেনগংলক্নি। মতৌ অম্মুম্না মপূং ফানা অন্তঃকরণ শেংলবদা মোক্ষগী উপায় জ্ঞান ফংনব মথোয়না শোয়দনা হোংনগনি। জ্ঞান ফংদনা মোক্ষ ফংবা য়াদে অহ্নগা অন্তঃকরণ শেংদনা জ্ঞান ফংবম্ য়াদে। অন্তঃকরণ শেংনবা উপায়দি নিষ্কামকর্ম্ম তৌবনি। মরম অসিনা শ্রুতিনা অম্মুম্না হায়রি—"ত মেত বেদানুবচনেন ব্রাহ্মণা বিবিদিষন্তি যজ্ঞেন দানেন তপসাহনাশকেন" (বৃ উ ৪।৫।২২)—"পরমাত্মাদগী খেন্নবা লৈতবা আত্মাসিবু খঙনীংদুনা মোক্ষ পাম্বা মী শিংনা বেদ তম্মি, যজ্ঞ, দান, তপ তৌই অমসুং চরা হেন্নী।" মসিনা আত্মাবু খঙনীংবহ্ন মপূং ফানবগীদমক্ অন্তঃকরণ শেংনবা বেদ তমই, যজ্ঞনচিংবা তৌই তাকপনি। মতৌ অম্মুম্না নিষ্কাম যজ্ঞনচিংবা তৌবদগী অন্তঃকরণ শেংহ্নৱা খঙনীবহ্ন মপূং ফারবদি মথোয়না শোয়দনা জ্ঞান ফংনবা উপায় তৌগনি, মহ্ তৌদনা কদৌঙৈদম্ লৈরোই। মরম অসিনা শ্লোক অসিদম্ ভগবান্না মোক্ষ পাম্বা মী পূম্নমক্না ওইনা অর্জ্জুনবু লৌদুনা ফল পাম্বা থাদোক্লগা তৌফম থোকপা কম্ম শিংবু তৌহ্নৱা লৈয়ু, মহ্নদগী অন্তঃকরণ শেংলক্নূনা জ্ঞান পোক্নবা উপায় তৌরগা মোক্ষ শোয়দনা ফংগনি হায়বসি তাক্লিবনি ॥১৯॥

নিষ্কামকর্ম্ম তৌবদগী পুক্নীং শেংহ্নৱা মোক্ষ ফংই হায়বসিদা প্রমাণ ওইনা সদাচারবু (অফবা মী শিংনা তৌখিবা আচরণবু) অম্মুম্না হায়রি—

কর্ম্মণৈব হি সংসিদ্ধিমাস্থিতা জনকাদয়ঃ।
লোকসংগ্রহমেবাপি সংপশ্যন্ কর্ত্তুমর্হসি॥ ২০ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— জনকাদয় =জনক, অজাতশত্রু, অশ্বপতির্নচিংবা, (উপনিষ শিংদা মথোয়গী মিং লাকলিবা হায়রিবদি মিং পল্লিবা) মিংথোশিংনা, কর্ম্মণা এব=কর্ম্ম তৌবদনা মরম ওইহ্নৱা (পুক্নীং শেংদোক্নূনা জ্ঞান পোকখিবদগী), হি—লেপ্পমক, সংসিদ্ধিং—মোক্ষ, আস্থিতা —ফংখি,

( অদুগা মহাত্মা জ্ঞানীনি হায়না থন্দুনা কর্ম্ম তৌকম থোক্কে মী‌ংলবস্থ ), লোকসংগ্রহং এবং অপি=মী-শিংবু অকবা কর্ম্ম তৌহন্নবগীদমক থোমজিনবা অহবুস্থ, সংপশ্যন=য়েংলগা, কর্ত্তুং অর্হসি=মহাক্না কর্ম্ম তৌহনা লৈবসি চুম্মী॥ ২০॥

অপুনবা অর্থ°— মমাঙৈদা জনকুনচিংবা নিংথৌশিংনা কর্ম্ম তৌবনা মরম ওইহনা মোক্ষ ফংখি, মরম অসিনা নহাকস্থ কর্ম্ম তৌ। অদুগা মী পুম্নমকপু অকবা কর্ম্ম তৌহন্নবগীদমক থোমজিনবা অহবুস্থ য়েংলগা (খল্লগা) নহাক্না কর্ম্ম তৌহনা লৈবসি চুম্মী॥ ২০॥

ব্যাখ্যা বা

অকণা থবক তৌরগা অকবা ফল (মহৈ) ফ ই ফত্তবা তৌরগা ফত্তবা মহৈ ফ ই হায়বসিদি মী পুম্নমক্না খঙই। অদুবু মহৈ পামদনা কর্ম্ম তৌরগা পূর্ক্নী শেংবদগী আত্মজ্ঞান পোক্কনা মোক্ষ ফংই হায়বসিদি অপঙবা মী শিংনা খঙদে অদুগা মখোয়বু তাক্লবস্থ, থাজদে। মরম অসিনা মখোয়বু থাজহনগে হায়বগীদমক ভগবান্না প্রমাণ ওইনা জনকুনচিংবু খুদমগী মশক ওইনা পীরিবনি। মতৌ অমুম্না ঐতিহাসিক ওইবা খুদম ফংলবদি অতোপ্পা মীস্থ থাজহনা মখোয়গী মতৌগুম্না নিষ্কামকর্ম্ম তৌহনা পূর্ক্নী শেংদোক্লগা মোক্ষ ফংনবা শোয়দনা হোংনগনি। নিষ্কামকর্ম্ম তৌবদগী পূর্ক্নী শেংহনা মোক্ষ ফংই হায়বসিবু শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণদস্থ অমুম্না তাক্লি—

পরোক্ষবাদো বেদোঽয়ং বালানামনুশাসনম।
কর্ম্মমোক্ষায় কর্ম্মাণি বিধত্তে হ্যগদং যথা।
বেদোক্তমেব কুর্ব্বাণো নি সঙ্গোঽর্পিতমীশ্বরে।
নৈষ্কর্ম্ম্যাং লভতে সিদ্ধিং রোচনার্থা ফলশ্রুতি॥
(ভা ১১/৩/৪৪, ৪৬)

"মীনা উদ খঙদবা পোংপু তাকপা বেদনি। অয়াকপা হীদাক পীজনবগীদমক অঙাংশিংবু অথুম অহাউগী না তাকপগুম্না কর্ম্ম বন্ধনদগী মাস্থোকপা ওয়বা কর্ম্মগী মশক ওইবা হীদাক তাকপনি। কর্ম্মগী মহৈ তাক্লিবহদি মীবু কর্ম্ম তৌবদা পূর্ক্নী থিংজিন্নবগীদমক্লি। অশেংবমক্তি কর্ম্মগী মহৈ পামদনা ঈশ্বরদা কংথোক্লগা বেদনচিংবা শাস্ত্রনা তাকপা কর্ম্মশিংবু তৌহনা লৈবা মীনা কর্ম্ম লৈত্তবা সিদ্ধি (মোক্ষ) ফংই।"

মনুনস্থ মসিগী মরমদা অমুম্না হায়রি—

বেদোদিতং স্বকংকর্ম্ম নিত্যং কুর্য্যাদতন্দ্রিতঃ।
তদ্ধি কুর্ব্বন্ যথাশক্তি প্রাপ্নোতি পরমাং গতিম্।
(মনু স্মৃ ৪। ১৪)

"বেদনচিংবা ধর্ম্ম শাস্ত্রশিংনা তাকপা মশা মশাগী তৌরম থোকপা ধর্ম্মশিংবু অতনবা লৈতনা মতম পুম্নমক্তা তৌগদবনি। মরমদি ওস্না মখে মহ তৌহুনা লৈরবদি পাপ কোক্লনা পূর্ক্কাং শেংবদগী আত্মজ্ঞান ফংহুনা মীহুগী মোক্ষ ওই।"

মসিবু মোক্ষধর্ম্মদা অস্নুম্না তাক্লি —

জ্ঞানমুৎপদ্যতে পুংসাং ক্ষয়াৎ পাপস্যকর্ম্মণঃ।
তত্রাদর্শতলপ্রখ্যে পশ্যত্যাত্মানমাত্মনি॥

( মং ভা শাং ২০৪।৮ )

"পাপকর্ম্ম মাংবদগী মী-শিংগী আত্মজ্ঞান পোকই, মতৌ অস্নুম্না জ্ঞান পোক্লবদা নুংশেলগী মতৌগুম শেংলবা মখোয়গী অন্তঃকরণদা মখোয়না আত্মাবু উই।"

অজ্ঞানীনা জ্ঞান ফংনবা কর্ম্ম তৌবগুম্না জ্ঞান ফংহুনা লৈবা মীনস্নু প্রারব্ধ কর্ম্মগী মতুং ইন্না হিংহুনা লৈরিবগী মতমদা অপংবা মী শিংবু অফবা লম্বীদা চংহন্নবগীদমক মখোয়বু খোমজিন্নবা শাস্ত্রনা তাকপা অফবা কর্ম্ম তৌহুনা লৈগদবনি। মরম অসিদগী ভগবান্না, জ্ঞানী ওইহুনা লৈরবস্নু মী শিংবু খোমজিন্নবা কর্ম্ম তৌ হায়না তাকপনি। মহাভারতকী উদ্যোগ পর্ব্বদস্নু মসিগী মরমদা অস্নুম্না হায়রি—

ঋষয়ো হ্যপি নির্মুক্তা পশ্যন্তো লোকসংগ্রহান্।
সুখৈভবন্তি সুখিনস্তথা দুঃখেন দুঃখিতাং॥ ( ৫১।৫৪ )

"মশাদা করিমত্ত অরা-মুংঙাই খঙদবা মুক্ত ওইবা ঋষিশিংনস্নু মী-শিংবু খোমজিনববু য়েংহুনা (খন্দুনা) মী শিংগী নুংঙাইবদগী নুংঙাইবা অমস্নুং য়াবদগী অরাবা উত্তনা লৈ।"

মরম অসিদগী অপংবা মী শিংবু খোমজিন্দুনা অফবা লম্বীদা চঙশিনহনবগীদমক জ্ঞানী ওইবা মীনস্নু ব্যবহারদা লমচং কায়দনা শাস্ত্রনা তাকপা কর্ম্মশিংবু তৌহুনা লৈফম থোকই, মহ তৌদবা চুমদে হায়বসি ভগবান্না তাক্লিবনি॥ ২০।

মসিগী মরমস্নু অস্নুম্না হায়রি—

যদ যদাচরতি শ্রেষ্ঠস্তত্তদেবেতরো জনঃ।
স যৎ প্রমাণং কুরুতে লোকস্তদনুবর্ত্ততে॥ ২১॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা।**— শ্রেষ্ঠ —অচৌবা অথোইবা মীনা, যৎ যৎ আচরতি—অফবা ওইরবস্নু মরগা ফত্তবা ওইরবস্নু অহুম-অহুম্না কর্ম্ম দু তৌই, তৎ তৎ এব—মহমক্তবু, ইতর জন (আচরতি) —অতোপ্পা অচম্বা মীনা তৌই স —অথোইবা মীহুনা, যৎ=ব্যবহারগী নত্রগা শাস্ত্রগী লমচং অহুবু প্রমাণ কুরুতে=প্রমাণ ওইনা তৌই, তৎ—লমচং অহুমক্তবু, লোকঃ অনুবর্ত্ততে—সাধারণ ওইবা অচম্বা মীনা অথোইবা মীহুগী মতুং ইন্দুনা চংলক্লি তৌই।২১।

**অপুনবা অর্থ ঃ—** অচৌবা অখোইবা ( মীখোই মীহৈনবা ) মীনা অহুম-অহুম্বা কম হু তৌই, মহু মহুমক্তবু অতোপ্পা অচম্বা মীনা ( মতৌ তমহুনা ) তৌই অহুগা অখোইবা মীহুনা ব্যবহার মত্রগা শাস্ত্রগী লমচৎ চৎপা অহুবু প্রমাণ ওইনা তৌই, মহুমকপু অচম্বা মীনা মাগী মতু ইন্দুনা প্রমাণ ওইনা তৌই ॥ ২১ ॥

অথৃপ্পা বা

লৈবাক ভাকপা, লৈবাক্কী চাওখৎনবা তৌবা অসিনচি ব' থবক পুন্নমক্কা মকোক ওইবা নেতাহুনা তৌবা অহুগী মতু ইন্দুনা মাগী মখাদা লৈবা মী শি নমু তৌই মতৌ অহুম্না ধর্ম গী লম্বীদা চত্নবা অফবা মহৈ পাম্বা মী শি না, মহাপুরুষ ওইবা অখোইবা মীনা অকবা মহৈগীদমক তৌরিবা কর্ম্ম অমসু লমচৎশিংহুবু মাগী মতু ইন্দুনা তৌই। মহুদগী মীনা অধর্ম্মগী লম্বীদগী ধর্ম্মগী লম্বীদা লাকই। মতৌ অসুম্না লমজিংহুনা লৈরিবা মহাপুরুষকী মরমচৎপু ভাকুনা ভীষ্মনা অসুম্না হায়রি —

> লোকস্ংগ্রহসংযুক্তং বিধাত্রা বিহিতং পুরা।
> সূক্ষ্মধর্ম্মার্থনিয়তং সতাং চরিতমুত্তমম্ ॥ ( মহা ভা শান্তি ২৫৯। ২৬)

"সৎপুরুষশিংগী লোকসংগ্রহ তৌনবগী মশক ওইবা অমসুং মতম মতমদা অয়ুপ্পা অকুপ্পা ধর্ম গী অর্থবু নীংথিনা লেপহনবা ভম্বা লমচৎশিংবু ব্রহ্মানা মমাঙৈদা শেমখি।"

মরম অসিদগী অসিগুম্বা সৎপুরুষগী মনাক্তা চত্নবা ধর্ম্ম কর্ম্মগী মরমদা চিংনবা অথৃপ্পা বা পুন্নমক খঙউ হায়না বেদনা অসুম্না উপদেশ পীরি— **"অথ যদি তে কর্ম্মবিচিকিৎসা বা বৃত্তিবিচিকিৎসাবা স্যা। যে তত্র ব্রাহ্মণা° সংমর্শিন°। যুক্তা আযুক্তা। অলুক্ষা ধর্ম্মাকামা° স্যু°। যথা তে তত্র বর্ত্তেরন্। তথা তত্র বর্ত্তেথাঃ।** (তৈ উ ১।১১।৩, ৪)— "ধর্ম্মগী আচরণ তৌহুনা লৈরিবা নহাক্কী, করিগুম্বা মতমদা শাস্ত্রনা তাকপা কর্ম্মগী মরমদা নত্রগা ব্যবহারগী লমচৎ চৎপদা চিংনবা থোক্রবদি মতম অহুদা অমসুং মতম অহুদা লৈরিবা, বিচার নীংথিনা তৌবা ভম্বা, নীংথিবা লমচৎ চৎপা, অতোপ্পনা ঈনশিন্দনা মশামক্তা তৌনীংনা কর্ম্ম তৌহুনা লৈবা, শাউগন্দবা, পুকচেল য়াম্না তপ্পা অমসুং মহৈ পাম্বা থাদোক্তুনা ধর্ম্মগী অনুষ্ঠান তৌহনা লৈবা ব্রাহ্মণ অহুনা নহাক্কী চি নরিবা কর্ম্ম অমসুং লমচৎ অহুবু মতৌ অসুম্না তৌই অমসুং চৎলো মতৌ মহুম্নমক নহাক তৌ অমসুং চৎলু।"

মরম অসিদগী সাধারণ ওইবা মী শিংগী ধর্ম্মগী অমসুং লমচৎকী মরমদা চাওখৎপা অমসুং ঙাইথদা (মাঙথবা) অসিদা লমজিংহুনা লৈরিবা সৎপুরুষকী মখা পোল্লো। মরম তসিনা সৎপুরুষশিংনা মশামক জ্ঞানী ওইবা মরমদগী মাগী তৌফম থোকপা থবক অমত্ত লৈত্রবসু অতোপ্পগী কান্নবগীদমক অমসুং অতোপ্পশিংবু ঈনশিন্দুনা অফবা কর্ম্ম তৌহন্নবগীদমক মশামকসু কর্ম্মগী অনুষ্ঠান তৌহুনা লৈকম থোকই হায়বসি ভগবান্না লোকহিতগীদমক তাক্লিবনি ॥ ২১ ॥

মতৌ অম্নুম্না ধর্ম্ম কর্ম্ম তৌহুনা লৈবদা "ভগবান মশামকস্নু খুদম অমনি" হায়বসি শ্লোক অহুম্না হায়রি—

ন মে পার্থাঽস্তি কর্ত্তব্যং ত্রিষু লোকেষু কিঞ্চন।
নাঽনবাপ্তমবাপ্তব্যং বর্ত্ত এব চ কর্ম্মণি॥ ২২॥
যদি হ্যহং ন বর্ত্তেয়ং জাতু কর্ম্মণ্যতন্দ্রিতঃ।
মম বর্ত্মানুবর্ত্তন্তে মনুষ্যাঃ পার্থ সর্ব্বশঃ॥ ২৩॥
উৎসীদেয়ুরিমে লোকা ন কুর্য্যাং কর্ম্মচেদহম্।
সঙ্করস্য চ কর্ত্তা স্যামুপহন্যামিমাঃ প্রজাঃ। ২৪॥

অন্বয় ব্যাখ্যা —পার্থ=পৃথাগী মচা হে ধনঞ্জয়! ত্রিষু লোকেষু=লৈবাক মরোল অহুমসিদা, মে কিঞ্চন=এগী করিমত্ত কর্ত্তব্যং ন অস্তি=ঈথৌ ওইনা তৌফম থোকপা থবক লৈতে, চ—অহুগা, অনবাপ্তং—ফংদ্রিবা (পো), অবাপ্তব্যং ন—কর্ম্ম তৌরগা ফংবা য়াবা অপাম্বা পোৎস্নু লৈতে, (অহুমনমক ওইহুনস্নু)— কর্ম্মণি বর্ত্তে এব=শাস্ত্রনা তাকপা কর্ম্ম তৌবদা ঐ চঙশিন্দুনতা লৈ॥ ২২। হি=মসিগী মরমদি অহং অতন্দ্রিত—ঐনা অতনবা লৈতনা, জাতু—করিগুম্বদা, কর্ম্মণি—শাস্ত্রনা নথৌনি তৌ তাকপা কর্ম্মদা যদি ন বর্ত্তেয়ং—লোকসংগ্রহ তৌনবগীদমক চঙশিন্দ্রবদি, পার্থ—হে অর্জ্জুন! (কর্ম্ম তৌদনা লৈবা ঐবু উরগা), মনুষ্যা=মী পুম্নমক অমত্ত ওইন, মম বর্ত্ম অনুবর্ত্তন্তে=ঐগী লম্বীসিদা তুং ইন্দুনা চৎকনি (কনা অমত্ত কর্ম্ম তৌররোই)॥২৩॥ মতৌ অম্নুম্না— অহং কর্ম্ম ন কুর্য্যাং চেৎ=ঐনা কর্ম্ম তৌদনা লৈবা থোক্লবদি (মী পুম্নমকুস্নু কর্ম্ম তৌরোইদবা মরম্না) ইমে লোকা—তাইবংপান পুম্নমকসি, উৎসীদেয়ু—পুমচাই চাইথোক্লুনা মাঙগনি চ=মসিদ নত্তনা সঙ্করস্য কর্ত্তা স্যাম=ঐ বর্ণসঙ্কর তৌহনবা ওইগনি, ইমা প্রজা উপহন্যাম=অহুগা মহৃদগী ঐ প্রজাশিংবু মাঙ তাকহন্নবা মরমস্নু ওইগনি॥ ২৪॥

অপুনবা অর্থ — হে ধনঞ্জয়! লৈবাক মরোল অহুমসিদা ঐগী তৌফম থোকপা ঈথৌ করিমত্ত লৈতে অহুগা কর্ম্ম তৌরগা ফংবা য়াবা অমদি ফংদ্রিবা অপাম্বা পোৎস্নু লৈতে অহুমনমক ওইহুনস্নু ঐ শাস্ত্রনা তাকপা কর্ম্ম তৌবদা চঙশিন্দুনা লৈ। ২২। মসিগী মরমদি (লোকসংগ্রহ তৌনবগীদমক) ঐনা অতনবা লৈতনা কর্ম্মদা করিগুম্বা চঙশিন্দবা থোক্লবদি, হে অর্জ্জুন! (কর্ম্ম তৌদনা লৈবা ঐবু উরগা) মী পুম্নমক অমত্ত ওইনা ঐগী লম্বীগী মতুং ইন্না চত্তুনা কর্ম্ম তৌররোই॥ ২৩॥ মতৌ অম্নুম্না ঐনা কর্ম্ম তৌদবা থোক্লবদি তাইবংপানবা পুম্নমকসি ঈচাই চাইথোক্লুনা (মচোই মচোই তাহুনা) মাঙলগনি, মসিদ নত্তনা এনা বর্ণসঙ্কর তৌহনবা ওইগনি (তাগনি) মহৃদগী প্রজাশিংবু মাঙ তাকহন্নবা মরমস্নু ওইগনি। ২৪।

অথূপ্পা বা

শ্রীভগবান্না মফম অসিদা মশাগী কর্ম্ম তৌদবগী বা অর্জ্জুনগী মফমদা হায়রিরিবসি সুপ্না কৃষ্ণ অবতারগী য়াদবু লৌদূনা হায়রবা মত্তে সৃষ্টি শেমগৎলগা সত্যযুগতগী হৌহুনা ওইখিবা

অবতার পুম্নমক্কী মরমদা হায়রবনি। সৃষ্টি তৌরবগী মতুংদা মহুৎবু ভাকুমবগীদমক লৌখিবা অবতার খূদিংদা ভগবাননা বেদ-শাস্ত্রনচিংবদা তাক্লিবা কর্ম্মশিংহুৎবু তৌত্রবদি মাগী মতুং ইন্দূনা চৎলিবা কশ্যপনচি বা মুনি ঋষিশি অমস্তুং মন্নুনচিংবা নি থৌশিংনস্থু কর্ম্মশিংহুৎবু মখোয় মখোয়গী মথৌ ওইনা তৌরোই। মতৌ অসুম্না মখোয়না কর্ম্ম তৌদবদগী মখোয়গী মতুং ইন্না চত্তূনা লৈরিবা প্রজাশিংস্থু কর্ম্ম তৌবরোই। মহুদগী "অন্নাদ্ভবন্তি ভূতানি" (৩/১৪) অসিনচিংবা স সারচক্র চৎনবগীদমক মথক্তা হায়খ্রিবা কর্ম্ম তৌনবগী রা-শিংহু অমত্ত ওইরবোই, অহুগা মহুনা মরম ওইহুনা তাইব পানবা পুম্নমকসি মথোঙ মরম খঙদনা পুমচাই চাইহুনা মাঙগনি। মসিদ নত্তুনা সৃষ্টিসি নীংথিনা চৎনবগীদমক ব্যবস্থা তৌরগা ব্রাহ্মণশিংনা বেদনচিংবা শাস্ত্র তম্বা তম্বিবা, যজ্ঞনচিংবা কর্ম্ম তৌবা তৌহনবা অসিনচি বা থবকশিং তৌগদবনি ক্ষত্রিয়শিংনা দেব শাস্ত্রনচি বা তম্বা যজ্ঞনচিংবা কর্ম্ম তৌবা, প্রজাশিংবু নুংঙাই-যাইফনা অমস্তুং তপথনা থম্নবা লৈবাক ঙাকপনচিংবা থবক তৌগদবনি, বৈশ্যশিংনা বেদনচিংবা শাস্ত্র তম্বা, মতীক চাবা যজ্ঞনচি বা কর্ম্ম তৌবা, লল্লোল ঈত্রীক তৌবা, শা ঙানচিংবা যোক্রুনা লৌউ শীংউনচি বা থবকশিং তৌগদবনি অহুগা শূদ্রনা সেবা তৌগদবনি—অসিনচিংবা বর্ণগী মতুং ইন্না খায়দোক্লিবা কম্ম শিং লৈতবা মরমদগী তৌনীংবা তৌহুনা অমগা অমগা তিন্নরগা বর্ণসঙ্করস্থু শোয়দনা ওইগনি। মহুদগী প্রজাশি দা নিয়ম অমত্ত লৈতবদগী মখোয় অমনা অমদগী য়েংথিনহুনা মাঙগনি। মসি পুম্নমকসি মকোক ওইহুনা লৈরিবা ভগবান্না কর্ম্ম তৌত্রবদি (শোয়দনা) থোক্কদৌরিবনি। মরম অসিনা ভগবান্না—"এগী তৌফম থোকপা কর্ম্ম অমস্তুং ফংবা য়াবা পোৎ করিমত্ত লৈত্রবস্থু লোকসংগ্রহ তৌহুনা সংসারচক্রসি নীংথিনা চৎহন্নবগীদমক অতন্বা লৈতনা কর্ম্ম তৌহুনা লৈ" হায়রিবনি। মরম অসিদগী ভগবান্না তৌরিবা মতৌ অসুম্না জ্ঞানী ওইবা সৎপুরুষশিংনস্থু মাগী মাগী মথৌ ওইনা কল্লিগুম্বা থবক অমত্ত লৈত্রবস্থু লোকসংগ্রহগীদমক অফবা থবক অমস্তুং নীংথিবা লমচং চত্তূনা মহু তৌহন্নবা অতোপ্পা মী শিংবুস্থু ঈনশিন্দুনা লৈগদবনি হায়বসি ভগবান্না তাক্লিবনি। মসিগী মরমদা যোগবাসিষ্ঠদস্থু অসুম্না হায়রি—

জ্ঞস্য নার্থং কর্ম্মত্যাগৈর্নার্থ কর্ম্মসমাশ্রয়ৈ।
তেন স্থিতং যথা যদ যত্তত্তথৈব করোত্যসৌ॥

(যোগবা ৬।২।১৯৯।৪)

"জ্ঞানী ওইবা মীগী কর্ম্ম থাদোকপদগী কান্নবা লৈতে, অহুগা কম্ম তৌবদা চঙশিন্দুনা লৈবদগীস্থু কান্নবা লৈতে। অহুমক ওইহুনস্থু মতম অমস্তুং মানা লৈরিবা মকম অহুগী মতুং ইন্না তৌকম থোকপা থবকশিংবু মথৌ ওইনা তৌহুনা মহাক লৈ।" (২২ — ২৪)

জ্ঞানীনা লোকসংগ্রহগীদমক করম্না কর্ম্ম তৌবা হৌনৈ হায়বহ হৌজিক ভগবান্না জ্ঞাক্লি—

সক্তাঃ কর্ম্মণ্যবিদ্বাংসো যথা কুর্ব্বন্তি ভারত।
কুর্য্যাদ্বিদ্বাংস্তথাঽসক্তশ্চিকীর্ষুর্লোকসংগ্রহম্ ॥২৫॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— ভারত=ভরত কৌবা মি,থৌগী শাগেদা পোকপা হে অর্জ্জুন। অবিদ্বাংস =আত্মজ্ঞান লৈতবা মী-শিংনা, কর্ম্মণি সক্তা =মশাবু কর্ত্তা ভোক্তানি খনবদগী কর্ম্মগী মহৈদা পুক্নী, থিংজিন্দুনা, যথা কুর্ব্বন্তি=শাস্ত্রনা তাকপা কর্ম্মশিংবু মতৌ অসুম্না তৌই, তথা=মতৌ মঁহুমক ওইনা, বিদ্বান=আত্মজ্ঞান ফংলবা মীনা, অসক্ত =মশাবু কর্ত্তা ভোক্তা নত্তে খঙবদগী মহৈ পাম্বা তৌদনা, লোকসংগ্রহং চিকীর্ষু =সাধারণ ওইবা ( অচম্বা ) মী শিংবু খোমজীন চিংশিন্দুনা অফবা লম্বীদা চংহন্নীংবা মরমদগী কু্যাৎ=কর্ম্ম তৌগদবনি ॥২৫॥

অপুনবা অর্থ ঃ— হে অর্জ্জুন। অজ্ঞানী ওইবা মী শিংনা মশাবু কর্ত্তা ভোক্তানি খনবদগী কম্মগী মহৈদা পুক্নী, থিংজিন্দুনা কম্ম তৌহুনা লৈবগী মতৌগুম্না জ্ঞানীনা মশাবু কর্ত্তা ভোক্তা নত্তে খঙবদগী কর্ম্মগী মহৈ পামদনা সুপ্না লোকসংগ্রহ তৌনীংবদগী কর্ম্ম তৌগদবনি ॥২৫।

জ্ঞানীনা কর্ম্মগী অনুষ্ঠান তৌরগা লোকসংগ্রহ তৌগদবনি, জ্ঞানগী উপদেশ পীহুনা তৌরোই দবনি হায়বসিদা মরম তাক্নুনা অসুম্না হাযরি—

ন বুদ্ধি ভেদং জনযেদজ্ঞানাং কর্ম্মসঙ্গিনাম্
জোষযেৎ সর্ব্বকর্ম্মাণি বিদ্বান্ যুক্তঃ সমাচরন্ ॥২৬॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— কর্ম্মসঙ্গিনাং=মশাবু কর্ত্তানি খনবদগী অমসুং মহৈ পাম্বদগী শাস্ত্রনা তাকপা কর্ম্ম তৌবদা পুক্নী, চঙদূনা লৈবা, অজ্ঞানাং=আত্মজ্ঞান লৈতবা মী শিংগী, বুদ্ধিভেদং=জ্ঞানীনা অকর্ত্তা অভোক্তা আত্মাগী উপদেশ পীদুনা বাখল চোইহনবা, ন জনয়েৎ=পোকহল্লোইদবনি, মহুম তৌবগী মহুত্তা, বিদ্বান=আত্মজ্ঞান লৈবা মীনা, যুক্ত =য়াম্না পুক্নী, চঙনা, সর্ব্বকর্ম্মাণি সমাচরন= শাস্ত্রনা তাকপা কর্ম্ম পুম্নমকপু নীংথিনা তৌহুনা লৈরগা মখোয়গী থাজবহুবু হেনগৎহন্দুনা, জোষয়েৎ =মখোয়বু থোইনা হেন্না কর্ম্ম তৌহনগদবনি ॥২৬॥

অপুনবা অর্থ ঃ— মহৈ পাম্বা মরমদগী কর্ম্ম তৌবদা পুক্নী থিংজিন্দুনা লৈরিবা অজ্ঞানীশিংগী বাখলবু জ্ঞানীনা অকর্ত্তা-অভোক্তা আত্মাগী উপদেশ পীদূনা বাখল চোইহল্লোইদবনি মহুম তৌবগী মহুত্তা জ্ঞানীনা য়াম্না পুক্নী, চঙনা কর্ম্ম পুম্নমকপু নীংথিনা তৌহুনা মখোয়বু কর্ম্ম তৌবদা য়াম্না থাজহন্দুনা থোইনা হেন্না পুক্নী, চঙহনগদবনি। ২৬॥

অথুপ্পা বা

ঙম্মৈখ লৈতবা মতমদগী হৌহুনা অজ্ঞাননা মরম ওইদুনা মশাবু কর্ত্তানি ( থবক তৌবা মীনি ) অমসুং ভোক্তানি ( তৌরিবা থবক অহুগী মহৈ চাবা মীনি ) হায়না খঙদূনা লাক্লিবনি। মতৌ

অস্তুম্না খঙবা মরমদগী পোকপা শিবা নাইহনা মখল-মখা অয়াম্বা হকচাংশিং লৌহনা অন্না মুংঙাই ফংহনা লৈরিবনি। মসিদা মীওইবগী হকচাং ফংলগা অন্নাবা থাদোক্কনা মুংঙাইবা ফংনীংবদগী মুংঙাইবগী সাধন ওইনা শাস্ত্রনা তাকপা কর্ম্মশিংবু তৌরিবনি অমস্তুং য়ুম কৈ, শেল থুম মতু মচানচিংবা পূম্নমকপুস্তু অতোপ্পগী নত্তে, মশামক্কীনি লেপ্তুনা লৈরিবনি। অসিগুম্বা ফীবম অসিদা মহাক আত্মজ্ঞান ফংবা ঙম্নবা মতীক চাবদগী য়াম্না লাপ্না লৈ। অসিগুম্বা মীগী মফমদা কনাগুম্বা জ্ঞানী অমনা আত্মাদি অকর্ত্তানি (থবক তৌবা মী নত্তে) অমস্তুং অভোক্তানি (থবক্কী মহৈ চাবা মীস্তু নত্তে) মংাক্তি ব্রহ্মমক্নি হায়না উপদেশ (পাউতাক) পীরবদি মী অহনা কদৌঙৈদস্তু উপদেশ অহুবু লৌবা ঙম্মোই। অহন্নমক ওইহনস্তু জ্ঞানীহুগী ব্রা তারগা কর্ম্ম তৌহনা লৈবসিদি অন্নাবগী ম াক্ল খন্দূনা মাগী কর্ম্ম তৌনবগী ব্রাখল অহ শোয়দনা চোইথোক্কনি, অহগা মহাক জ্ঞানগী ব্রারম তারগা জ্ঞান যংবস্তু ঙম্মোই। জ্ঞান পোক্লবা অহানবদা নিষ্কামকর্ম্ম অমস্তুং উপাসনা তৌহনা অন্ত করণবু শেংদোক্কদবনি অন্ত করণ শে দ্রবদি মহুদা কদৌঙৈদস্তু অশে বা আত্ম জ্ঞান পোকপা যারোই। মরম অসিনা অসিগুম্বা মীগী মফমদদি খোইনা হেন্না কর্ম্ম তৌনবা উপদেশ পীগদবনি। মতুংদা তপ্ন তপ্না অজ্ঞানীহনা তৌবিবা কর্ম্ম অমস্তুং উপাসনাশিংহুবু ঈশ্বরদা কংথোক্কনা তৌ, মহুগী মহৈ পামগন্নু ঈশ্বরদা কংথোক্কনা কর্ম্ম অমস্তুং উপাসনা তৌরবদি মানা ক্নপা তৌবিহনা নাবু যংবগী মশক ওইবা মোক্ষ কোবা অথোইবা মহৈ ফংগনি আসনচি বা তাক্কনা জ্ঞানীনা অজ্ঞানীহবু সকামকর্ম্ম তৌবা থাদোকহল্লগা নিষ্কামকর্ম্ম তৌবদা পূক্নীং চঙ মবগীদমক হোংনগবদনি। মতৌ অস্তুম্না নিষ্কামকর্ম্ম তৌহনা লৈরিবা মীহনা সং সঙ্গনচিংবা তৌহনা লৈবদনী আত্মাগী অশেংবা মশক্কী জ্ঞান পূক্নীংদা খজীক খজীক লাকপা হোগনি মহুদগী মহু নীংথিনা য নীংবদগী সাধন ওইনা নিষ্কামকর্ম্ম তৌবসি মাগী মথৌনি লেপ্তু না সকামকর্ম্ম তৌবা পুনথা থাদোক্কনি। মতৌ অস্তুম্না মথং-মনাও নাইনা চংলবতদা মীনা জ্ঞানগী লম্বীদা লাকপা ঙমগদবনি। অহানবমক্তুদা মতীক চাদবা মীবু জ্ঞানগী উপদেশ পীরবদি মানা মহু নীংথিনা লৌবা ঙমদনা ঐ অকর্ত্তান অভোক্তানি এঙোন্দা পাপ পূণ্য অমত্ত লৈতে অসিনচিংবা খল্লগা নাপল লাকপদগী তৌনীংবা তৌহনা মাগী কর্ম্ম অমস্তু উপাসনা তৌবগী ব্রাখল অহ চোইথোকখিহনা মহাক অরেম্বদা মাঙগনি। মরম অসিনা শাস্ত্রনস্তু অম্তুম্না হায়রি—

অজ্ঞস্যার্দ্ধপ্রবুদ্ধস্য সর্ব্বং ব্রহ্মেতি যো বদেৎ।
মহানিরয়জালেষু স তেন বিনিযোজিত ॥

"নীংথিনদি খঙদবা খন্না খন্না খঙবা অজ্ঞানী ওইবা মীবু কনাগুম্বা অমনা 'লেঙলি পাল্লিবা পূম্নমকসি ব্রহ্মমক্নি, মসিদগী অতোপ্পা অমত্ত লৈতে তাক্লবদি, তাক্লিবা মীহনা অজ্ঞানী ওইবা মীহবু অচৌবা নরকুকী জালদা তাহল্লী।"

মসিগী মরমদি হায়রিবা উপদেশ অসি অজ্ঞানীহুগী মতীক চাবা উপদেশ নত্তে। অসিগুম্বা উপদেশ অসিদি সূপ্না অস্ত করণ শেংলবা মীদনা লৌবা ঙমগদবনি, মহু লৌবদগী মোক্ষবুস্থ কংবা ঙমগদবনি। মরম অসিনা জ্ঞানী ওইবা মীনা কর্ম্ম তৌনীংনা তৌহুনা লৈরিবা অজ্ঞানীবু মাগী কর্ম্ম তৌনবগী রাখল অহুবু চোইহন্নোইদবনি হায়বসি ভগবান্না তাকপনি ॥ ২৬॥

জ্ঞানীস্থ লোকসংগ্রহগীদমক অজ্ঞানীগী মতৌগুম্না কর্ম্ম তৌহুনা লৈরবদি মখোয় অনীসিদা করি খেন্নগনি হায়না অর্জ্জুন্না হংলবদা খেন্নবা অহুবু শ্লোক অনীনা অস্থুম্না তাকপীরি—

প্রকৃতেঃ ক্রিয়মাণানি গুণৈঃ কর্ম্মাণি সর্ব্বশঃ।
অহংকারবিমূঢ়াত্মা কর্ত্তাহমিতি মন্যতে ॥ ২৭ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যাঃ— প্রকৃতে=সত্ত্ব, রজ অমস্থং তম গুণ অহুমগী মশক ওইবী মায়াগী, গুণৈ=থবক ওইবা (প্রকৃতিনা শাগংপা) হকচাং অমস্থং ইন্দ্রিয়শিংনা সর্ব্বশ=পূমওই ওইনা কম্মাণি ক্রিয়মাণানি=থবক পূম্নমক তৌহুনা লৈরিবনি, (থবক পূম্নমক্তী কর্ত্তা হকচাং অমস্থং ইন্দ্রিয়শিংবুনি অহুবু, অহংকারবিমূঢ়াত্মা=হাযরিবা হকচাং অমস্থ ইন্দ্রিযশিংবু "এনি" হাযনা খন্দুনা গুমহন্তনা লৈবা অপঙবা জীবসিনা, অহং কর্ত্তা=ঐনা থবক তৌবনি, ইতি মন্যতে=অস্থুম্না মশাবু খঙই ॥ ২৭ ॥

অপুনবা অর্থঃ— সত্ত্ব, রজ অমস্থং তম গুণ অহুমগী মশক ওইবী প্রকৃতিনা শাগংপা হকচাং অমস্থং ইন্দ্রিয়শিংদনা থবক পূম্নমক তৌরিবনি, অহুবু হকচাংনচিংবসিবু "ঐনি" খন্দুনা গুমহন্তূনা লৈরিবা অপঙবা জীবসিনা মশাবু "ঐনা থবক তৌবনি খঙই ॥ ২৭ ॥

অথুপ্পা বা

প্রকৃতি অসি মায়ামক্কি, মরমদি মায়াদগী অতোপ্পা পোং প্রকৃতি নত্তে হাযবসি শ্রুতিনা অস্থুম্না তাক্লি—"মাযাস্তু প্রকৃতিং বিদ্যান্মাযিনন্তু মহেশ্বরম্" (শ্বে উ ৪।১৯) মায়াসিমক্কবু প্রকৃতিনি খঙউ অহুগা মহেশ্বরমক্কবু মায়ীনি খঙউ।' হায়রিবা মায়াগী মশক ওইবী প্রকৃতিসি সত্ত্ব, রজ অমস্থং তম গুণ অহুম্না তিনবনি অহুগা জগৎ শাগংনবা পোংনি। মহাপ্রলয়গী মতমদদি জড (চেতন নত্তবা অশিবা) জগৎসিগী মরূ প্রকৃতিসিগী সত্ত্ব রজ অমস্থং তম গুণ অহুমসি অথোই-অহেন নাইদনা চাং চপ মান্ননা তুমিন্না লৈ। মতম অহুদা মসিবু প্রধান হায়নস্থু কৌই। মরমদি "প্র=প্রকর্ষেণ সর্ব্বপ্রাণিনাং সংস্কারাঃ যত্র ধীযন্তে=লীযন্তে তৎ প্রধানম্' —"মহাপ্রলয়গী মতমদা প্রাণী পূম্নমক্তী পাপ পুণ্য সংস্কার পূম্নমক প্রকৃতিসিদা নী থিনা তুংহুনা লৈবা মরমদগী মসিগী মমিং প্রধান কৌই।" মতুংদা জীবশিংবু মখোয় মখোয়গী পাপ পুণ্যগী মতুং ইন্না ভোগ পীনবা মতম য়ৌরক্লবদা প্রকৃতিগী গুণ অহুমসিদা ঈথক হৌরক্কূনা অমনা অমদগী অথোই অহেন নাইরকই মহুদগী মখোয় অহুমসি জড় জগৎ ওইনা ওন্নবগী ক্রিয়া তৌবা হৌই। মহুদা তামোগুণনা অথোইবা ওইনা লৈবা প্রকৃতিদগী থাযদগী অহানবদা সূক্ষ্ম

(অকুপ্পা) তন্মাত্র কৌবা আকাশ, নুংশিং, মৈ, ঈশিং অমসুং পৃথিবী ভূত মঙাসি পোকই। মতৌ অসুম্না তমোগুণনা অথোইবা ওইনা লৈরবসু আকাশনচিংবা অকুপ্পা ভূত মঙাদা য়ানশিন্দুনা লৈরিবা সত্ত্ব গুণদগী জ্ঞানেন্দ্রিয় (জ্ঞান তৌনবা শক্তিগী মশক ওইবা ইন্দ্রিয়) মঙা পোকই। মহৃদা মথং মনাও নাইনা অকুপ্পা আকাশদা য়াবশিন্দুনা লৈবা সত্ত্বগুণদগী শ্রোত্রেন্দ্রিয় (নাকোংদা লৈবা রা তানবা শক্তি), অকুপ্পা নুংশিত্তা লৈবা সত্ত্বগুণদগী ত্বগিন্দ্রিয় (শোকপা খঙনবা উনদা লৈবা শক্তি), অকুপ্পা মৈদা লৈবা সত্ত্বগুণগী চক্ষুরিন্দ্রিয় (মচু খঙনবা মীত্ত লৈবা শক্তি), অকুপ্পা ঈশিংদা লৈবা সত্ত্বগুণদগী রসনেন্দ্রিয় (মহাও খঙনবা লৈয়েংদা লৈবা শক্তি) অমসুং অকুপ্পা পৃথিবীদা লৈবা সত্ত্বগুণদগী ঘ্রাণেন্দ্রিয় (মনম খঙনবা নাতোন্দা লৈবা' শক্তি) মঙাসি পোকই। অহৃগা অকুপ্পা আকাশনচিংবা ভূত মঙাদা লৈবা সত্ত্বগুণ তিনশিল্লগা মহৃদগী অন্ত করণ পোকই। মরম অসিদগী মসি জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙাগা মরী লৈনহনা মখোয়গী খঙনবগী মশক ওইবা থবক মঙাদা মতম পুম্নমক্তা মতেং পাংহনা লৈ। অহৃগা অন্ত করণসিবু মাগী থবক খরা থেন্নবদগী মন অমসুং বুদ্ধি হায়নসু কৌই। সাধন ওইনা লৈরবদি অন্ত করণবু মন অমসুং কর্ত্তা ওইনা লৈববদি বুদ্ধি হায়না কৌই।

অহৃগা মথক্তা হায়রিবা অসিগুম্বা অকুপ্পা আকাশনচিংবা ভূত মঙাদা তিন্দুনা লৈবা রজো-গুণদগী মথং মনাও নাইনা বাগিন্দ্রিয় (চীন্দা লৈবা ঙাঙনবা শক্তি), হস্তেন্দ্রিয় (খুত্তা লৈবা তৌনবা শক্তি), পাদেন্দ্রিয় (খোঙদা লৈবা চৎনবা শক্তি), গুদেন্দ্রিয় (গুদাদা লৈবা অমাং অশোয় চিংথোক্নবা শক্তি) অমসুং মূত্রেন্দ্রিয় কৌবা কর্ম্মেন্দ্রিয় (থবক তৌনবা শক্তি) মঙা পোকই, অহৃগা অকুপ্পা আকাশনচিংবা ভূত মঙাদা লৈবা রজগুণ অমত্ত ওইনা তিল্লগা হকচাংগী মনুংদা চৎপা নুংশিং (প্রাণ) পোকই। মরম অসিনা প্রাণগী মতেদগী কর্ম্মেন্দ্রিয় পুম্নমক মশা মশাগী থবক তৌবা ঙম্মী। হায়রিবা প্রাণসি হকচাংগী মনুংদা মফম খেন্ননা অতোপ অতোপ্পা থবক তৌবদগী প্রাণ, অপান, সমান, উদান অমসুং ব্যান হায়না মঙাথোক্না খায়দুনা লৈ। নাতোনগী মতোন্দা প্রাণ কৌবা নুংশিং লৈ মসিনা প্রাণীশিংগী জীবন পীরিবনি, গুদাদা অপান কৌবা নুংশিং লৈ, মসিনা হকচাংদগী অমাং অশোয়, ফত্তবা নুংশিংনচিংববু মপান্দা চিংথোকই সমান কৌবা নুংশিত্তি খোয়দোদা লৈ, মসিগী থবক্তি চাখি থকখিবা পোৎ পুম্নমকপু রস ওইনা হকচাং শীন্ন য়োৎহনবনি উদান কৌবা নুংশিং খৌনাউদা লৈ, মসিদগী হিক্কা (থগোকপা) হকাম চনুবনচিংবা ওই অহৃগা ব্যান কৌবা নুংশিত্তি হকচাং শীন্ন লৈহনা হকচাংবু লেঙ-খোংপা তৌহল্লী।

মতৌ অহুম্না জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা, কর্ম্মেন্দ্রিয় মঙা, প্রাণ মঙা, মন অমসুং বুদ্ধি তরাতরেং অসি তিল্লগা সুক্ষ্ম শরীর (অকুপ্পা হকচাং) ওই। অকুপ্পা হকচাংনা অপোবা হকচাংদগী চংথোক খিববু শিবা কৌই, অহৃগা অতোপ্পা অপোবা হকচাং অমা শাগত্তুনা লৈববু পোকপা কৌই। অকুপ্পা হকচাংসিগী মনুংদসু মন অমসুং বুদ্ধি হায়না কৌখিবা অন্ত করণসি খ্বায়দগী মরুনি, মহৃদা

পাপ পুণ্যনচি বা পূম্নমক্তী সংস্কার লৈ, মহুদগী জীবনা অরা নুংঙাইনচিংবা পূম্নমকপূ অজ্ঞাননা মরম ওইদুনা অন্ত করণগা লোয়ননা অমত্ত ওইবগুম তৌরগা মাগীনি হায়না খল্লী, অশেংবনক্তি অরা নুংঙাইনচি বা পূম্নমক অন্তঃকরণগীনি।

মায়াগী মশক ওইবী প্রকৃতিদগী মতৌ অস্মুম্না সূক্ষ্ম প্রপঞ্চ (অকূপ্পা জগৎ) ওইরবা মতুংদা অকুপ্পা আকাশনচিংবা ভূত মঙাগী খুদিংমক্তা অমুক হন্না অতোপ্পশিংগী শরুক খরা খরা তিনবদগী অপোবা আকাশ, মু শিং, মৈ, ঈশিং অমসুং পৃথিবী (লৈবাক) ওইরকই, মসিবু পঞ্চীকরণ কৌই। মসিদগী থরাযপানবা পূম্নমক্তী অরা নুংঙাই ফংনবা মফম ওইবা স্থূল শরীর (অপোবা হকচাং) পূম্নমক পোক্লকই। মতৌ অস্মুম্না অপোবা হকচাং অমসুং অকুপ্পা হকচাং অনীসি তিন্নদুনা অক ফত্ত থবক পূম্নমক তৌদুনা লৈরিবনি। মহুদা অপঙবা মীনা হায়রিবা হকচাং অনীসিদা "ঐনি" হায়না অভিমান (নাপল) তৌরগা মখোয় অনীনা তৌরিবা থবক অহুদসু "ঐনা তৌবনি" অস্মুম্না খল্লী, অহুগা মহুনা মরম ওইদুনা মশাবু অরা নুংঙাই ফংবনি লেপ্তুনা পাপ পুণ্যগী ভোক্তানি হাযনসু খঙই। অশে বা মওঙদদি আত্মা কর্ত্তা অমসুং ভোক্তা নত্তে। ভোক্তাগী মরমদসু শ্রুতিনা অস্মুম্না তাক্লি — "আত্মেন্দ্রিযমনোযুক্তং ভোক্তেত্যাহুর্মনীষিণঃ" (কঠ উ ১/৩/৪) "মুনি ঋষিশিংনা মন অমসুং ইন্দ্রিয়শিং লোয়নরবতদা আত্মাবু ভোক্তানি হায়।" মরম অসিনা অশেংবা আত্মাদি কর্ত্তা অমসুং ভোক্তা নত্তে হায়বসি সিদ্ধ ওই। অহুম্নমক ওইদুনসু অজ্ঞানীশিংনা পঙদুনা আত্মাবু কর্ত্তা অমসুং ভোক্তানি খন্দুনা মহৈ ফংনবা কর্ম্ম তৌবনি। মসিগী মরমদা শ্রীভগবান্না উদ্ধবপুসু অস্মুম্না হায়রি —

দৈবাধীনে শরীরেঽস্মিন্ গুণভাব্যেন কর্ম্মণা।
বর্ত্তমানোঽবুধস্তত্র কর্ত্তাস্মীতি নিবদ্ধ্যতে ॥
(ভা ১১/১১/১ )

"প্রারব্ধ কর্ম্মগী মখা পোন্দুনা লৈরিবা হকচাংসিনা প্রকৃতিগী গুনা মরম ওইদুনা তৌরিবা থবক পূম্নমক্তা অজ্ঞানী ওইবা মীনা 'কর্ম্মশিংদু ঐনা তৌবনি' হায়না অভিমান তৌবদগী সংসারদা পুন্দুনা লৈরিবনি"। ২৭।

মতৌ অস্মুম্না অজ্ঞানীশিংগী কর্ম্ম তৌবগী মওঙ তাক্লগা মখোয়দগী জ্ঞানীসি খেন্নৈ হায়বসি তাক্লবগীদমক জ্ঞানীগী কর্ম্ম তৌবগী মওঙ অস্মুম্না হায়রি—

তত্ত্ববিত্তু মহাবাহো গুণকর্ম্মবিভাগযোঃ।
গুণা গুণেষু বর্ত্তন্ত ইতি মত্বা ন সজ্জতে ॥ ২৮।

**অন্বয় ব্যাখ্যা :—** মহাবাহো=পাম্বোম চাউবা হে অর্জুন। গুণকর্ম্মবিভাগয়ো — গুন দগী (প্রকৃতিদগী পোক্লকপা অকুপ্পা অমসুং অপোবা হকচাংনচিংবদগী) আত্মাবু থাইদোক্লা (তোপ্পা),

অহুগা কর্ম্মদগী ( হকচাং অনীহুনা তৌরিবা কর্ম্মশিংগা লোয়ননা আত্মাগী মরী অমত্ত লৈতে হায়মা কর্ম্মদগী ) আত্মাবু খাইদোক্লা তত্ত্ববিৎ তু—গুণকর্ম্ম অমস্তুং আত্মাগী মশক মতৌ নীংথিনা খঙলবা জ্ঞানী অহুদি গুণা =প্রকৃতিগী গুণ ওইবা জ্ঞানেন্দ্রিয় কর্ম্মেন্দ্রিয় হকচা নচিংবা পুম্নমকসি গুণেষু—মখোযগী বিষয ওইবা পোংশিংদা বর্ত্তন্তে=চঙশিন্দুনা লৈ ( অহুগা আত্মাদি মখোয়দগী) তোপ-তোপ্না লৈ ) ইতি মত্বা=অস্মুন্না খঙদূনা, ন সজ্জতে—তৌরিবা কর্ম্মশিংহুগী মহৈদা পুক্নীং থিংজিন্দে ॥ ২৮ ॥

অপুনবা অর্থ —পান্থোম কনবা হে অর্জ্জুন। অকুপ্পা অমস্তুং অপোবা হকচাংনচি বদগী আত্মাবু খাইদোক্লা ( তোপ্না ) অহুগা মখোয়না তৌরিবা কর্ম্মশিংহুগা লোযননা আত্মাগী করিমত্ত মরী লৈতে হায়না কর্ম্মশিংহুদগী আত্মাবু খাইদোক্লা মখোয়গী মশক মতৌ নীংথিনা খঙবা জ্ঞানীনা হকচাং অমস্তুং ইন্দ্রিয়শিংনা তৌবা থবকশিংহুগী মহৈদা পুক্নীং থিংজিন্দে ॥ ২৮ ॥

অথূপ্পা বা

জ্ঞানী ওইবা মীনা মাগী অশেংবা মশক আত্মাবু তাইবংপানবা পুম্নমক্তা আকাংগী মতৌগুম্না শীন্ন থু না লৈ হায়না উই সুপ্না হকচাং অমত্তুদা মরী থম্নদূনা লৈ হাইনা উদে অহুগা শীন্ন থু না লৈবা পোত্ত লেঙ খোংপনচিংবা ক্রিয়া অমত্ত লৈতবা মরম্না আত্মা নিক্রিযনি হায়বস্মু খঙই। মতৌ অস্মুন্না আত্মা নিক্রিয় ওইবা মরম্না করিগুম্বা থবক অমগী কর্ত্তাস্মু ওইদে ক্রিযা লৈবা পোংশিংদা থবক্কী কর্ত্তা ওই। আত্মা কর্ত্তা ওইদ্রবদি থবক্কী মহৈ ওইনা যংবা অরা নুংঙাইগী ভোক্তাস্মু ওইদে। মরম অসিনা জ্ঞানী মশাবু অকর্ত্তা অমস্মু অভোক্তানি হায়বসি নী থিনা খঙই। আত্মাগী অসিগুম্বা অশেংবা মশকসিবু তাক্লুনা শ্রুতিনস্মু অস্মুন্না হাযরি— নিষ্কলং নিষ্ক্রিয়ং শান্তং নিরবদ্যং নিরঞ্জনম্ ( শ্বে উ ৬। ১৯ )— "আত্মাসি মচেং মকায় তাদবা ক্রিয়া লৈতবা, য়াম্না তপ্না লৈবা দোষ লৈতবা অমস্তুং পাপ পুণ্য লৈতবা তত্ত্ব অমনি।" মরম অসিনা জ্ঞানীনা অতোপ্পা অজ্ঞানীশিংগী মফমদা কৃপা তৌবিংনা মখোয়গী মতৌগুম্না কর্ম্ম পূম্নমক তৌহনা লৈরবস্মু মশাবু অকর্ত্তা অমস্তুং অভোক্তানি খঙবদগী তৌরিবা কর্ম্মশিংহুগী মহৈ করিমত্ত পামদে, অহুগা আজ্ঞানীদি মশাবু কর্ত্তা অমস্তুং ভোক্তানি খঙবদগী মানা তৌরিবা কর্ম্মশিংহুগী মহৈ পামই। মসিনি জ্ঞানী অমস্তুং অজ্ঞানীগী খেন্নবসি।

শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণদস্মু ভগবান্না অস্মুন্না হায়রি—

পূর্ব্বং গৃহীতং গুণকর্ম্মচিত্র
মজ্ঞানমাত্মন্য বিবিক্তসঙ্গ।
নিবর্ত্ততে তৎ পুনরীক্ষয়ৈব
ন গৃহ্যতে নাপি বিসৃজ্য আত্মা ॥ ( ১১/২৮/৩৩ )

"হে মুংশিবা উদ্ধব! মথল মথা অয়াম্বা গুণ অমস্তুং কর্ম্মশিং তিন্দুনা লৈবা হকচাং অমস্তু ইন্দ্রিয়নচিংবা, অজ্ঞানদগী ওইরকপা পোং পূম্নমক অহুবু অহানবদা ( অজ্ঞানগী অবস্থাদা ) আত্মাগ

অমত্ত ওইনা উরম্মি। অহুবু জ্ঞানগী অবস্থাদা আত্মাগী অশেংবা মশক খণ্ডবদগী মহ্ পুম্নমক অহু পুমচৎ চৎথোকখি অশেংবা মওওদা আত্মাসি লৌবস্মু য়াদে অমস্তুং থাদোকপস্মু য়াদে।"

অন্ত করণদা চেতন আত্মাগী আভাস (মমি) তাবদগী অন্ত করণনা মকোক ওইবা হকচাং নচিংবনা মশাবু চেতন্নি হায়না অভিমান (নাপল) তৌরগা মহৈ পামগনা কর্ম্ম তৌরিবনি। মরম অসিনা অশেংবা কর্ত্তা অমসুং "ভোক্তাদি অন্ত করণনি, চেতন আত্মাদি সাক্ষী ওইনা মখোয়গী তোঙান্না লৈরগা মখোয়বু ঙান্থোকহনবদনি। মহুদা অজ্ঞানী ওইবা মীনা আত্মাগী মশক খঙদবদগী আত্মা কর্ত্তানি অমসুং ভোক্তানি খঙনবিবনি, অহুগা জ্ঞানীদি মহমনা ওখদে। মসিবুস্মু অস্মুন্না হায়রি—

ইন্দ্রিযৈরিন্দ্রিযার্থেষু গুণৈরপি গুণেষু চ।
গৃহ্যমানেষ্বহং কুর্য্যান্ন বিদ্বান্ যস্ত্ববিক্রিযঃ।
(ভাগবত ১১/১ /৯)

"ইন্দ্রিয়শিনা মখোয়গী বিষযশিংবু অমসু হকচাংনচিবনা পোৎশিংবু লৌবা অহুদা জ্ঞানীনা 'ঐনা লৌবনি' হায়না অহংকার (নাপল) তৌদে মহাক্তি মতম পুম্নমক্তা অবিক্রিয় ওইনা (লেঙদনা) লৈ।"

মরম অসিনা শ্রুতিনসু অস্মুন্না তাক্লি— "অসঙ্গো হ্যযং পুরুষং" (বৃ উ ৪।৩।১৫)— "হকচাংগী মশক ওইবা কোনুংশিংদা শীর থুংনা লৈবা আত্মাসি কনা অমত্তগা লোয়ননা মরী থমদে।" "অসঙ্গো ন হি সজ্যতে" (বৃ উ ৪।৫।১৫)— "আত্মা অসঙ্গনি, কনা অমত্তগা শম্নদে।"

মরম অসিনা জ্ঞানীনা সূপ্না লোকস গ্রহগীদমক অজ্ঞানীগুম্না কর্ম্ম তৌরবসু মহুগী মহৈদা পুক্নীং থিংজিন্দে হাযবসি ভগবান্না মফমসিদা অর্জ্জুনবু তাক্লিবনি। ২৮।

মতৌ অস্মুন্না জ্ঞানী অমসুং অজ্ঞানী অনীমক কর্ম্ম তৌবগী মওওদদি চপ মান্নে, সূপ্না পুক্নীংতদা খেন্নবনি হায়বসি তাক্লগা জ্ঞানীনা অজ্ঞানীগী কর্ম্ম তৌহনা লৈবহুদা পুক্নীং চোইহল্লোইদবনি হায়খিবহুবু লোইশিন্দুনা ভগবান্না অস্মুন্না হাযরি—

প্রকৃতেগুর্ণসংমূঢাং সজ্জন্তে গুণকর্ম্মসু।
তানকৃৎস্নবিদো মন্দান্ কৃৎস্নবিন্ন বিচালযেৎ ॥ ২৯॥

**অন্বয ব্যাখ্যা ঃ**— প্রকৃতে—মায়াগী মশক ওইবী প্রকৃতিগী, গুণসংমূঢা—থবক ওইবা হকচাং অন্ত করণ, ইন্দ্রিয়নচিংবনা শুমহত্তুনা মখোযমকপু আত্মানি খন্দুনা লৈরিবা অজ্ঞানীশিংনা গুণকর্ম্মসু—হকচাং, ইন্দ্রিয়নচিংবনা তৌরিবা কর্ম্মশিংহুদা সজ্জন্তে—কর্ম্মশিংহুবু তৌবা ঐখোয়মক্লি লেপ্তুনা মহৈ ফংনবগীদমক পুক্নীং থিংজিল্লী, তান মন্দান—অহুগুম্বা অপ্তুবা, অকৃৎস্নবিদ = আত্মতত্ত্ববু মপুং ফানা খঙদবা মী শিংবু, কৃৎস্নবিৎ=আত্মতত্ত্ববু মপুংফানা খঙবা জ্ঞানীনা, ন বিচালয়েৎ—অক্রিয় আত্মতত্ত্বগী উপদেশ পীদুনা কর্ম্ম তৌবা অহুদগী পুক্নীং চোইথোকহল্লোইদবনি। ২৯॥

**অপুনবা অর্থ** ৹— প্রকৃতি ( মায়া ) দগী পোকপা হকচাং, অন্ত করণ, ইন্দ্রিয়নচিংববু আত্মানি খন্দুনা শুমহক্তনা লৈবা অজ্ঞানীশিংনা হকচাং, ইন্দ্রিয়নচিংবনা তৌবা কর্ম্মশিংদুদা মখোয়না তৌবনি লেপ্পুনা মহৈ ফংনবা পুক্নীং থিংজিল্লী অদুগুম্বা অপংবা ১ম্নুং আত্মতত্ত্বগু মপুংফানা খঙদবা মী শিংবু আত্মতত্ত্ব মপু ফানা খঙবা জ্ঞানীনা মখোয়গী কর্ম্ম তৌবা অদুদগী রাখল চোইথোকহল্লোদবনি ॥২৯॥

মতৌ অসুম্না মোক্ষ পামদবা অজ্ঞানীশিংনা মহৈ পাম্বদগী কর্ম্ম তৌরবসু মোক্ষ পাম্বা অজ্ঞানীশিংনদি অন্ত করণ শেংনবগীদমক মহৈ পামদনা ঈশ্বরদা কংথোক্লুনা কর্ম্ম তৌগদবনি তাক্লুনা অর্জ্জুনবু অসুম্না হাযরি—

মযি সর্ব্বাণি কর্ম্মাণি সংন্যস্যাধ্যাত্মচেতসা ।
নিরাশীর্নির্মমো ভূত্বা যুধ্যস্ব বিগতজ্বরঃ ॥ ৩ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — ময়ি=সাক্ষাৎ পরমাত্মা বাসুদেব ঐঙোন্দা সর্ব্বাণি কর্ম্মাণি=ব্যবহারদা তৌনরিবা মখল মখা অযাম্বা থবক অমসুং বেদনচি বা শাস্ত্রনা তৌ তাকপা থবক পুম্নমকপু অধ্যাত্ম চেতসা=আত্মাদবু খঙগে নীংদূনা নত্রগা ঐদি পরমাত্মাগী মখা পোনবনি, মীনাইগুম্না মপুগী থবক তৌবা মী নী অসুম্না পুক্নীংদা লেপ্পুনা সংন্যস্য=কংথোক্লগা নিরাশী =ফলগী আশা তৌদনা ( মহৈ পামদনা ) নির্মম =ঐগীনি খন্দনা বিগতজ্বর ভূত্বা=পুক্নীংদা অবাবা (নুংশাথীবা) লৈতনা নহাক যুধ্যস্ব =ক্ষত্রিয়শিংগী মথৌ ওইনা শাস্ত্রনা তাকপা লান অসি শোক্লো ॥ ৩ ॥

**অপুনবা অর্থ** ঃ—সাক্ষাৎ পরমাত্মা বাসুদেব ঐঙোন্দা কর্ম্ম পুম্নমকপু— আত্মাদবু খঙগে নীংদূনা নত্রগা মীনাইগুম্না মপুগীদমক তৌবনি লেপ্পুনা কংথোক্লগা মহৈ পামদনা ঐগীনি খন্দনা অমসুং পুক্নীংদা অবাবা লৈতনা নহাক ক্ষত্রিয়শিংগী মথৌ ওইবা লান অসি শোক্লো ॥৩ ॥

### অথুপ্পা বা

হৌনশা ওইনা থবায়পানবশিংগী মন, বুদ্ধিনচিংবা ইন্দ্রিয় পুম্নমকসি স সারগী ভোগ্য ওইবা পোৎশিংদা চেনশিন্দুনা লৈ। মরমসিনা মখোয় বিষয়চেতা (ভোগ্য ওইবা পোৎশিংবু নীংদুনা লৈবা) ওই। অসিগুম্বা মী শিংসিদি সংসারদা হন্ন হন্না পোকপা শিবা নাইহনা অবাবা ফংদুনা লৈবসি শোয়দবনি। মসিবু যমনা নচিকেতাগী মফমদা অসুম্না হায়— "পরাচঃ কামাননুযন্তি বালাস্তে মৃত্যোর্যন্তি বিততস্য পাশম্।" ( কঠ উ ২।১।২ )— "অপঙবা মী শিং মপাম্বোংগী ভোগ্য ওইবা পোৎশিংগী মতুংদা চেন্দুনা লৈ মরম অসিনা মখোয় পাক চাউরবা ( সংসার থন্না লৈরবা, মৃত্যুগী থৌরীনা পুন্দুনা লৈ।" অদুগা অক ফত্তগী মরমদা নীংথিনা বিচার তৌদুনা লৈবা মী শিংদি অশেংবা পোৎ খঙদুনা সংসারগী পোৎশি দা অপাম্বা থাদোকই, অদুগা অধ্যাত্মচেতা ওইদুনা ( আত্মাগী মরমদা নীংথিনা খঙনীংদুনা ) লৈ। মসিবুসু যমনা অসুম্না হাক্লরি— "অথ ধীরা অমৃতত্বং বিদিত্বা ধ্রুবমধ্রুবেষ্বিহ ন প্রার্থয়ন্তে।" ( কঠ ২ ১/২ )—"লৌশিং শিংবা

(জ্ঞান তাবা) মী-শিংনা শিবা লৈতবা লেঙদনা লৈবা পোংপু খঙলগা লেঙদনা লৈতবা পোংপু ফংনীংদে।"

অসিগুম্বা জ্ঞান তাবা মী শিংগীদমক লেঙদনা লৈবা পোং (মোক্ষ) অহু ফংনবগী উপায় ভগবান্না মক্কমসিদা হায়রিবনি— সংসারগী ভোগ্য ওইবা পোংশিংবু ফংনবা আশা তৌগনু (নীংগনু), থবক পুম্নমকপু সুপ্না নথৌ ওইনা তৌ, আশা তৌতনা লৈবসি অন্নাবা ফংনবা মরম ওই। দত্তাত্রেয়নসু অসুম্না হায়—"আশা হি পরমং দুঃখং নৈরাশ্যং পরমং সুখম্॥"(ভগাবত ১১/৮/৪৩) "সংসারগী পোংশিংগী আশা তৌবসি অন্নাবগী মশক্কি অহগা আশা তৌদবা মুংঙাইবগী মশক্কি।" মসিগী মরমদি সংসারসিদা ভোগ্য ওইনা লৈরিবা পোং পুম্নমকসিগী মমুংদা, "নঙগীনি ঐগীনি" হায়বা য়াবা পোং অমত্ত লৈতে। পঙবা মরমদগী মীওইবনা পোংশিংতবু "ঐগীনি" হায়না খঙনবদনি। খঙলিবতবু থাদোকপা ঙম্নবদি মীতনা শোয়দনা মোক্ষ ফংবা ঙমগনি। মসিবুসু বরাহোপনিষত্তা ভগবান বরাহনা অসুম্না হায়রি — "দ্বে পদে বন্ধমোক্ষায নির্মমেতি মমেতি চ। মমেতি বধ্যতে জন্তুর্নিমমেতি বিমুচ্যতে॥" (২।৪৩)— "ঐগীনি" অমসুং "এগী নত্তে" হায়বা বাহৈ অনীসি বন্ধ (সংসারদা পুন্দুনা লৈনবা) অমসুং মোক্ষ (সংসারদগী নাস্থোক্তুনা চ নবা) অনীসিগীদমক্কি। সংসারগী পোংশিংদা 'ঐগীনি হায়রবদি জীব পুন্দুনা লৈ অহগা 'ঐগী নত্তে হায়রবদি জীব মুক্ত ওই।"

মরম অসিনা মী খুদিংমক্কা নিরাশী অমসুং নির্মম ওইতনা থবক পুম্নমকপু মথৌ ওইনা খল্লগা ঈশ্বরদা কংথোক্তুনা তৌযম থোকই।৩ ।

ভগবান্না তাকইবসিগী মতুং ইন্না মহৈ পামদনা ঈশ্বরদা কংথোক্তুনা কর্ম্ম তৌরবদি পাপ-পুণ্যদগী লাস্থোক্তুনা মোক্ষ ফংগনি হাযবসি হৌজিক তাক্লি—

যে মে মতমিদং নিত্যমনুতিষ্ঠন্তি মানবাঃ।
শ্রদ্ধাবন্তোঽনসূযন্তো মুচ্যন্তে তেঽপি কর্ম্মভিঃ॥ ৩১॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — যে মানবা =মী-শিংতনা, শ্রাদ্ধবন্ত =য়াম্না থাজবগা লোয়ননা, অনসূয়ন্ত =য়েংথিদুনা ঐঙোন্দা (ভগবান্দা) দোষ য়েংবা (পীবা) তৌদনা, ইদ মে মতং—মহৈ পামদনা ঈশ্বরদা কংথোক্তুনা কর্ম্ম তৌ হায়বা ঐগী য়াথংসিবু, নিত্যং অনুতিষ্ঠন্তি—মতম পুম্নমক্কা ঙাক্তুনা কর্ম্মগী অনুষ্ঠান তৌরবদি, তে অপি—অসুম্না তৌরিবা মখোয়হসু, কর্ম্মভি —পাপ-পুণ্য ওইবা কর্ম্মশিংদগী লাস্থোকই (তৌরিবা নিষ্কামকর্ম্ম অহুদগী অন্তঃকরণ শেংতনা জ্ঞান ফংলগা পাপ পুণ্য কর্ম্মশিংদগী মুক্ত ওই)।৩১।

অপুনবা অর্থ :— মী-শিংতনা য়াম্না থাজনা অমসুং ঐন্না (ভগবান্না) পীরিবা য়াথংসিদা দোষ য়েংবা (পীবা) তৌদনা কর্ম্মশিংবু নিষ্কামভাবতা ঈশ্বরদা কংথোক্তুনা তৌরবদি মখোয় অহসু কর্ম্ম বন্ধনদগী লাস্থোকই।৩১।

অথূপ্পা বা

ঐখোযনা উদ খঙদবা পোং অমস্তু, উপায়বু তাকপা শাস্ত্র, আচার্য্যনচিংবগী মফমদা য়াম্না থাজববু শ্রদ্ধা কৌই অহুগা য়েংথিনহুনা অতোপ্পগী গুণদা দোষ (অয়ানবা) য়েংববু (পীববু) অসূয়া কৌই অসিগুম্না অসূযাসি লৈতবা অনসূয়ানি। ভগবান্না মহৈ পামদনা ঈশ্বরদা কংথোক্লনা কর্ম্ম তৌ তাকপসিদা "ঐবু অৱাবা থবক্তা তৌ হায়না ঈনশিল্লী" খন্দূনা ভগবান্দা দোষ য়েংবা (পীবা) তৌদনা মানা তাকপা মতু, ইন্না নিষ্কামকর্ম্মহুবু য়াম্না থাজনা তৌরবদি মহুদগী অন্ত করণ শেংবা মরমনা আত্মজ্ঞান ফংহুনা পাপ পুণ্য পুম্নমক্কগী লান্থোক্লগা পর ব্রহ্মগী মশক ওইবা মোক্ষ শোয়দনা ফংগনি হায়বসি মফমসিদ তাক্লি—

অহুগা জ্ঞানীনা মতৌ করম্না পাপ পূণ্যদগী লান্থোকই হায়বসিগী মরমদা বেদান্তদর্শন্দা অসুম্না বিচার তৌরি— "তদধিগম উত্তরপূর্ব্বাঘযোরশ্লেষবিনাশৌ তদ্ব্যপদেশাৎ" (বে দ ৪/১/ ৩)— "তদধিগমে=ব্রহ্ম ওইনা আত্মাবু খঙলবদা উত্তরপূর্ব্বাঘযো =জ্ঞানী ওইহুনা লৈরিঙৈদা তু দা হিংলিঙৈগী মতমদা ওইগদবা অমস্তু অহানবদা তৌখিবা পাপ পুম্নমকসি, অশ্লেষবিনাশৌ=মঙোন্দা শম্নদে অমস্তং মাঙখি (তুংদা তৌবা পাপ মঙোন্দা শম্নদে অহুগা হৌখিবা মপোক কয়ামুক্তা তৌখিবা অমস্তং মপোক অসিদস্তু জ্ঞান ফংব্রিঙৈগী মমাঙদা তৌখিবা সঞ্চিত পাপ পুম্নমক মাঙখি) তদ্ব্যপদেশাৎ=মরমদি শ্রুতিনা মতৌ অহুম্না তাকই। মহুদি— "যথা পুষ্করপলাশ আপো ন শ্লিষ্যন্ত এবমেবংবিদি পাপং কর্ম্ম ন শ্লিষ্যতে" (ছা উ ৪/১৪/৩) —"থম্বালগী মনাদা ঈশিং পক্কবগুম্না জ্ঞানীদস্তু পাপ কর্ম্ম পক্কে।" "তদ যথেষীকাতুলমগ্নৌ প্রোতং প্রদূয়েতৈবং হাস্য সর্ব্বে পাপ্মানং প্রদূযন্তে" (ছা উ ৫।২৪।৩)— "ইগী (নাপীগী) মপাল ওইবা তেরা (লশি) মৈনা চাক্লনা উং ওইবগুম্না জ্ঞানীনা তৌখিবা পাপ পুম্নমক জ্ঞানগী মশক ওইবা মৈনা চাক্লনা উ ওই।"

পাপকী মতৌগুম্না পুণ্যগী মরমদস্তু অসুম্না হায়রি— "ইতরস্যাপ্যেবমশ্লেষং পাতেতু" (বে, দ ৪।১।১৪) — "এবং=পাপকী মতৌগুম্না, ইতরস্য অপি=পুণ্য কর্ম্মস্তু, অশ্লেষ= জ্ঞানীদা শম্নদে অমস্তং মাঙই পাতেতু=অহুগা শিবমক্কদা মহাক মুক্ত ওই।" মসিদস্তু শ্রুতি প্রমাণদি অসিনি — "উভে উ হৈবৈষ এতে তরতি" (বৃ উ ৪।৪।২২) — "জ্ঞানী পাপ অমস্তং পুণ্য অনীমক্কী লান্থোকই।" "ক্ষীয়ন্তে চাস্য কর্ম্মাণি তস্মিন্ দৃষ্টে পরাবরে" (মু উ ।২।২।৮ — "পরব্রহ্মবু মশামক্কি খঙলবদা মাগী পাপ পুণ্য পুম্নমক মাঙই।" অহুগা প্রারব্ধ কর্ম্ম মাঙদে হায়ব সদি অসুম্না তাক্ল—"অনাবব্ধ কার্য্যে এব তু পূর্ব্বে তদবধেঃ" (বে দ ৪।১।১৫)— "পূর্ব্বে=মথক্তা হায়রিবা পাপ পুণ্য মাঙবসি, অনারব্ধ কার্য্যে এব তু=মহৈ পীবা হৌগক্তনা সঞ্চিত ওইহুনা লৈবা পাপ পুণ্যগী মরমদনি, প্রারব্ধ কর্ম্মগী মরমদা নত্তে,

মরমদি, তদবধে = শ্রুতিনা প্রারব্ধ কর্ম্মগী ঙমখৈ তাক্লি।" মতুদি—"তস্য তাবদেব চিবং যাবন্ন বিমোক্ষ্যেহথ সম্পৎস্যে" ( ছা উ ৬। ১৪। ২ )—"জ্ঞানীহুগী প্রারব্ধ কর্ম্ম লোইহুনা শিত্রিবা মতম অহুক ক্বাওবা থীনবনি, শিবমক্তদা মহাক ব্রহ্মদা তিল্লী।" মরম অসিনা জ্ঞানীনা পাপ-পুণ্য কর্ম্মদগী লাম্ছোকই হায়বসিদা করিমত্ত চি‌ংনক্কম লৈতে। অস্মুম্না হায়রিবা ব্নাসিবু উদ্ধবকী মক্কমদস্মু ভগবান্না অস্মুম্না তাক্লি—

এবমেতান্ মর্যাদিষ্টাননুতিষ্ঠন্তি যে পথ।
ক্ষেমং বিন্দন্তি মৎস্থানং যদ্ব্রহ্ম পরমং বিদুঃ॥
( ভা ১১। ২ । ৩৭ )

"মতৌ অস্মুম্না ঐনা তাক্লিবা লম্বীশিংসিদা চত্তুনা অনুষ্ঠান তৌহুনা লৈবা মী শিংনা কল্যাণগী মশক ওইবা ঐগী ধামবু ফ ই, মহুবু ( ধামহুবু ) জ্ঞানীশিংনা পরব্রহ্মনি হায়না খঙই।"

মরম অসিনা মোক্ষ পাম্বা মী শিংনা ভগবান্না তাকপিরিবা লম্বীসিদা শোযদনা চংকদবনি ॥৩১॥

ভগবান্না তাকপা লম্বী সিদা চত্তবা মী শিংগী করি দশা ওইবগে হায়বসি হৌজিক অস্মুম্না তাক্লি—

যে ত্বেতদভ্যসূয়ন্তো নানুতিষ্ঠন্তি মে মতম্।
সর্ব্বজ্ঞানবিমূঢাংস্তান্ বিদ্ধি নষ্টানচেতসঃ॥ ৩২॥

**অন্বয় ব্যাখ্যাঃ**— যে তু = অহুগা শ্রদ্ধা লৈতবা মী শিংহুনা, এতৎ মে মতম = ঐনা পীরিবা য়াথংসিদা, অভ্যসূয়ন্ত = থাজদহুনা দোষ য়েংলগা ( পীরগা ), ন অনুতিষ্ঠন্তি = মহুগী মতু‌ং ইন্না অনুষ্ঠান তৌদে, তান = মখোয়শিংহুবু, অচেতস = পুক্লীং ফত্তবা, সর্ব্বজ্ঞানবিমূঢান = কর্ম্ম অমসুং ব্রহ্মগী মরমদা পূমখঙ খঙদবা, নষ্টান বিদ্ধি = থবক পূম্নমক্তগী পুম্মাঙ মাঙলবনি খঙউ। ৩২।

**অপুনবা অর্থ**— অহুগা ঐগী ঈফমদা শ্রদ্ধা লৈতবা মী শিংহুনা ঐনা পীরিবা য়াথংসিদা দোষ য়েংলগা ( পীরগা ) থাজদহুনা মহুগী মতু‌ং ইন্না অনুষ্ঠান তৌত্রবনি ( চত্রবদি ) মখোয়শিংহুবু পক্লীং ফত্তবা, কর্ম্ম অমসুং ব্রহ্মগী মরমদা পূমখঙ খঙদবা অমসুং থবক পূম্নমক্তগী পুম্মাঙ মাঙলবা মী শিংনি খঙউ ॥ ৩২॥

মসিদা অর্জ্জুন্না অস্মুম্না চিংনৈ—নহাক্তি ( ভগবান কৃষ্ণদি ) লোক অহুমগী মপু ওইহুনা লৈরিবনি; মরম অসিনা নিংথৌগী য়াথংবু প্রজ্ঞাশিংনা কিহুনা ঙাকপগী মতৌগুম্না নহাক্কী য়াথং-বুসু মী পূম্নমক্না শোয়দনা ঙাকফম থোকই। অহুবু নঙগী য়াথংগী দোষ য়েংহুবা ( পীহুনা ) মীনা মহু ঙাক্তে হায়বসিগী মরম করিনো? অর্জ্জুনগী চিংনবসিবু কোকহনবগীদমক মখাদা ভগবান্না হায়রি—

সদৃশং চেষ্টতে স্বস্যাঃ প্রকৃতের্জ্ঞানবানপি।
প্রকৃতিং যান্তি ভূতানি নিগ্রহঃ কিং করিষ্যতি॥ ৩৩॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—** জ্ঞানবান অপি=লৌশিং য়াম্না শিংবা মী ( নত্রগা জ্ঞানী ) ফাওবসু, স্বস্যা প্রকৃতে =মশা মশাগী হৌনশা ওইবা স্বভাবকা ( লমচংকা ), সদৃশং চেষ্টতে—মান্নবা থবক তৌই ভূতানি=মরম অসিনা থব্রায়পানবা পুম্নমক, প্রকৃতিং যান্তি—মাগী মাগী স্বভাবকী মতুং ইন্না চংলী নিগ্রহ কিং করিষ্যতি—মসিদা ঐগী ( ভগবানগী নত্রগা নিংথৌগী ) য়াথংনা মখোয়বু করম্না লাকশিনগনি ॥ ৩৩॥

**অপুনবা অর্থ** — লৌশিং শিংবা মী নত্রগা জ্ঞানী ফাওবসু মা মাগী হৌনশা ওইবা লমচং অদুগা মান্নবা থবক তৌই ( মসিদা অপঙবা মীগী মরমদদি করি অমুক হায়গনি), মরম অসিনা থব্রায়পানবা পুম্নমক মাগী মাগী স্বভাবকী মতুং ইন্না চত্তুনা লৈ মসিদা ঐগী য়াথংনা মখোয়বু করম্না লাকশিনবা য়াগনি ॥ ৩৩॥

অথুপ্পা বা

শ্লোক অসিদা প্রকৃতিগী অর্থ হৌনশা ওইবা লমচংনি, সংসারগী কারণ ( মরু ) ওইবা মায়া মত্তে প্রসঙ্গগী মতুং ইন্না রাহৈশিংগী অর্থ তৌগদবনি। থব্রায়পানবা খুদিংমক্কা মানা মানা অহানবা মপোকশিংদা তৌখিবা পাপ পুণ্যগী মতুং ইন্না মতুগী মহৈ চানবা অতোপ অতোপ্পা হকচাং যংলিবনি অদুগা কর্ম্মশিংদুগী মতুং ইন্না মখোয় খুদিংমক্কী স্বভাবসু ওইরিবনি। কৈগী স্বভাব অহিংবা শাংডা চাবনি অমসুং শাউগনবনি, অদুগা যাগী স্বভাব নাপী শী না চাবনি অমসুং শাউগন্দবনি। মতৌ অসুম্না জীব পুম্নমক্কী স্বভাব অতোপ অতোপ্পা ( তোংডান তোংডান ) ওইরিবনি। মীওইবগী মপোক যংলিবা জীবশিং অসিদসু অংানবা মপোক্কা তৌখিবা কর্ম্মগী মতুং ইন্না কনানা শাউগল্লী অমসুং হায়বা ইন্দনা ফত্তবা থবক তৌই, অদুগা কনানা তপ্না লৈ অমসুং অফবা থবক তৌই, মতৌ অসুম্না মী পুম্নমক মখোয় মখোয়গী স্বভাবকী মতুং ইন্না অফ ফত্ত লমচং চত্তুনা লৈ। মরম অসিনা মসিগী মরমদা শ্রুতিনসু অসুম্না হায়রি— "তং বিদ্যাকর্ম্মণী সমন্বারভেতে পুর্ব্বপ্রজ্ঞা চ" ( বৃ উ ৪।৪।২)— "হকচাং থাদোক্কনা চ লিবা জীবদুগী মতুং ইন্দুনা মানা তৌখিবা উপাসনা অমসুং কর্ম্ম ( পাপ পুণ্যগী মশক ওইনা ) চ লী অদুগা সঞ্চিত ওইবা লৈবা সংস্কারসু চংলী।" মসিদগী দুর্ব্বাসা ঋষি জ্ঞানী ওইরবসু য়াম্না শাউগল্লী, নারদ জ্ঞানী ভক্ত ওইরবসু মীগী থংন চৈনবা য়েংবা য়াম্না পামই, অমগী পাউ অমদা তম্নবা কোয়চং চত্তুনা লৈ, বসিষ্ঠনচিংবদি য়াম্না তপ্না লৈ। মসি পুম্নমকসি জীব পুম্নমক্কী অহানবা কর্ম্মগী মতুং ইন্না স্বভাব ওইরিবনি। মতৌ অসুম্না অহানবা মপোক্কী স্বভাব পুংনা লাক্লবসু মীনা মপোকসিদ্দা অদোবা স্বভাবপুসু মঙোন্দা লৌশিল্লী। কনানা য়ূ থকপা হৌবদগী মহ থাদোকপা ঙমদদুনা মদুবু মাগী স্বভাব ওইনা লৌই, মহ যত্তে হায়বা খঙন খঙনমক মানা থাদোকপা ঙমদে। মসি পুম্নমকসি

মপোকসিদা মানা মানা তৌবা সঙ্গদগী ওইরকপনি। মরম অসিনা অফবা মীস্থ ফত্তবা সঙ্গদগী ফত্তবা ওই অহুগা ফত্তবা মীস্থ অফবা সঙ্গদগী অফবা ওই। মীওইবদা সঙ্গগী প্রভাব য়াম্না লৈ। অফবা সঙ্গ তৌরবদি মীনা য়াম্না চাওখৎপা ঙম্মী। মরম অসিদগী চাওখৎপা পাম্বা মী শিংনা অফবা সঙ্গদ তৌনবা শোয়দনা হোৎনগদবনি। মহুদগী অহানবগী ফত্তবা স্বভাবশিংবু মীনা য়াম্না লায়না থাদোকপা ঙমগনি। ৩৩॥

মসিদা অর্জুন্না অস্থুম্না চিংনহুনা হংই=থরায়পানবা পুম্নমকসিগী মখোয়না হান্না তৌখিবা কর্ম্ম শিংগী মতুং ইন্না স্বভাব ওইরবদি মখোয় অহুগী মতু ইন্না শোয়দনা চৎকনি। মহু ওইরবদি শাস্ত্রনা তৌ তাকপা থবকশিংদা চঙবা অমস্থং তৌগনু তাকপা থবকশিংদা চঙদবা, অহুগা ব্যবহারদা চৎনরিবা অফ ফত্ত থবকশিংদা চঙবা চঙদবা অসিনচিংববু মখোয়না কররম্না তৌগনি? মসিগী পাউখুম ওইনা ভগবান্না অর্জ্জুনবু অস্থুম্না হায়রি—

ইন্দ্রিয়স্যেন্দ্রিয়স্যাহর্থে রাগ দ্বেষৌ ব্যবস্থিতৌ।
তয়োর্ন বশমাগচ্ছেৎ তৌ হ্যস্য পরিপন্থিনৌ ॥ ৩৪ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ৹— ইন্দ্রিয়স্য ইন্দ্রিয়স্য = নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয় খুদিংমক্কী (জ্ঞানেন্দ্রিয় অমস্থং কর্ম্মেন্দ্রিয় পুম্নমক্কী), অর্থে = মখোয় মখোয়না লৌগদবা শব্দনচিংবা (খোঞ্জেন্নচিংবা) বিষয়শিংদা, রাগ দ্বেষৌ=পাম্নবদি মহুদা চঙবা অহুগা পামদ্রবদি মহুদা য়েংথিবা অনী অসি, ব্যবস্থিতৌ = বভাব ওইনা (কর্ম্মগী মতু ইন্না ফংবা হৌনশা ওইনা) নিয়ম কায়দনা লৈরিবনি তয়ো = হায়রিবা রাগ অমস্থং দ্বেষ (পামহুনা চঙবা অমস্থং পামদদুনা য়েথিবা) অনীসিগী, বশম= মখা পোনবা, ন আগচ্ছেৎ = ওইরোইদবনি (মখা পোন্দুনা চ লোইদবনি), হি = মরমদি, অস্য = অথবা লম্বীদা চত্নুনা থবক তৌনীংবা মীগী, তৌ পরিপস্থিনৌ = মখোয় অনীসি য়েক্ক-তিম্মংনি ॥৩৪॥

অপূনবা অর্থ ৹— ইন্দ্রিয় পুম্নমক্কী মখোয় মখোয়গী বিষয়শিংদা পাম্নবদি চঙবা অমস্থং পামদ্রবদি য়েংথিবা অনীসি নিয়ম কায়দনা লৈরিবনি। অহুবু অফবা লম্বীদা চৎনীংবা মীনা অনীগী মখা পোল্লোইদবনি, মরমদি অনীসি অফবা লম্বীগী য়েক্ক তিম্মংনি ॥ ৩৪ ॥

অথূপ্পা বা

থরায়পানবা পুম্নমক্কী মীৎ, নাকোংনচিংবা জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা অমস্থং খোঙ খুংনচিংবা কর্ম্মেন্দ্রিয় মঙাসি হৌবশা ওইনা মননা (পুক্কীংনা) থৌদুনা মখোয় মখোয়গী বিষয়শিংদা অপাম পামদা তৌহুনা লৈ। মখোয়না পাম্নবদি শাস্ত্রনা চঙগনু অমস্থং তৌগনু তাকপা বিষয় অহুদস্থ চঙদুনা মহু তৌই, অহুগা পামদ্রবদি শাস্ত্রনা অফবনি তৌ তাকপা বিষয় অহুদস্থ চঙদে, তৌদ্রেঙ্গম্নবু মহুদা য়েংথি। মতৌ অস্থুম্না ব্যবহারগী থবকশিংবুস্থ পাম্নবদি ফত্তবা ওইরমস্থ তৌই, অহুগা পামদ্রবদি অথবা ওইরবস্থ তৌদে। মসি অহানবগী কর্ম্মশিংদগী ফংবা স্বভাবনি। মসিদা অপাম-পামদা (রাগ দ্বেষ) অনীসিগী মখা পোন্দনা

হোৎনবা (মোক্ষ) অসি পুরুষার্থনি। মসি মথক্তা হায়রিবা কর্ম্মগী মতু, ইমা ওইবা স্বভাবকী মখা পোন্দে। প্রারব্ধ ওইনা লাকপা অহান্বগী কর্ম্মদি সুপ্না মপোক, পুন্সি অমসুং ভোগ (অন্না-সুংঙাই) অছুমসিবু পীন-নবগীদমক্কি মসিনা কদৌঙৈদসু পুরুষার্থবু (থবক নোংবু) থিংদে, মসিগী ওয় তৈনবা পুরুষার্থ তৌবদগী প্রারব্ধনা ফংবা পন্সি অমসু ভোগ হেনগংহনবা নত্রগা হ্রা থহনবা যাই অফবা পুরুষার্থ তৌরবদি হেনগংকনি অমসুং ফত্তবা পুরুষার্থ তৌরবদি হ্রাংথগনি। যোগদর্শনদা প্রারব্ধ কর্ম্মগী মহৈ অসুম্না তাক্লি—"সতি মূলে তদ্বিপাকো জাত্যায়ুর্ভোগাঃ (২।১৩) "মরূ ওইনা অজ্ঞাননা লৈরিবা অদুক্কী মখৈ সঞ্চিত কর্ম্মশিংনা প্রারব্ধ কর্ম্ম ওইদুনা মপোক পুন্সি অমসুং ভোগ অহুমসিবু পী। মপোকসিদা তৌবা অমসুং মহৈ চাদ্রিবা পুরুষার্থ সঞ্চিত কর্ম্ম ওইদুনা লৈরগা মতুংদা প্রারব্ধ কর্ম্ম ওইরিবনি। মরম অসিনা প্রারব্ধবু শাবা পুরুষার্থনি, পুরুষার্থবু শাবা প্রারব্ধ নত্তে। মরম অসিদগী বুদ্ধি তাবা মীনা মথক্তা হাযখিবা রাগ অমসুং দ্বেষ অনীসিগী মখা পোন্দুনা লৈতনবা শোযদনা হোৎনগদবনি মদুতদা অফবা লম্বীদা চংলগা মোক্ষ যবা ঊমগনি। শ্রুতিদসু নিদাঘগী মফমদা ঋভুনা অসুম্না তাক্লি—"ইদংবস্ত্যমিদং নেতি বীজং তে দুঃখসন্ততেঃ॥" (অন্ন উ ৫।৭)— "হে নিদাঘ! মসি ফজে মসি ফজদে হাযনা রাগ দ্বেষ লৈরিবহ্ নওগী অন্নাবা ঈচেলগী মরূনি।" গরুড পুরাণদসু অসুম্না হায়রি—"রাগ দ্বেষানলে পক্কং মৃত্যুবশ্নাতি মানবম" (২।৪৯।৪৮) "রাগ দ্বেষগী মৈদা থোংদুনা মুল্লবা মীবু মৃত্যুনা চায়।" মরম অসিনা চাওখংপা পাম্বা মীনা অনীসিগী মখা পোন্দনা লৈনবা হোৎনবা চুম্মি। মীনা অনীসিগী মখা পোল্লিবসি অনীসিগী কান্নবা অমসু কান্নদবা নীংথিনা খঙদবদগীনি। মসিবু নীংথিনা খঙলবদি মীনা কাদৌঙৈদসু অনীসিগী মখা পোল্লোই। চাক য়াম্না লান্নবা কনাগুম্বা মী অমনা মাগী মমাঙদা য়াম্না হাউনা উবা অমসুং হূ য়ানবা চাক ঈনশাংবু পূখম অমদা উরবদি মহ্ যাম্না চানী না তৌরবসু মানা চারোই, মরমদি মহ্ চারবদি মহাক শিগনি হাযবা খঙই অহুবু মহ্ খঙ খঙনমক চানীংবহ্নী মখা পোন্দুনা মানা চাক ঈনশাংহুবু চারবদি মহাক শোয়দনা শিগনি। মসিদা চানীংবহ্ থিংদুনা মাগী মখা পোন্দবা অহুদগী মী অহুগী কান্নবা অমসুং অফবা ওইরিবনি। অনাবা মীনা যাম্না যাকপা খাবা হীদাক চানীংদে, মহাক মহুদা য়েংথি। মসিদসু মানা য়েংথিবা অহুগী মখা পোন্দুনা হীদাক অহুবু চাত্রবদি শিবা যাই অহুগা য়েংথিবা অহুগী মখা পোন্দনা হীদাক অহুবু চারবদি মহাক যাম্না থুনা অনাবা অহুবু কোকথোকপা ঊমগনি। মতৌ অসুম্না অক ফত্ত নীংথিনা বিচার তৌদুনা য়েংলগা রাগ-দ্বেষ অহুগী মখা পোন্দনা কান্নবা তৌদুনা লৈরবদি মীনা চাওখংপা ফংদুনা মোক্ষ ফাওবা ফংগনি হায়বসিদা করিসু চিংনফম থোক্লোইদবনি ॥৩৪॥

শা ঙানচিংবগা মান্নবা] স্বভাব থাদোক্লুনা পুক্নীং লৈতাবা মীনা দ্বেষ-রাগ লৈতবা শাস্ত্রনা তাকপা থবক তৌবা হৌনৈ হায়রবদি মোক্ষগীদমক শাস্ত্রনা থায়দগী [illegible] তাকপা সংন্যাস ধর্ম্মসি লৌবনা চুম্মি, ঈথৌমি খল্লগা কন্না হোৎনহনা লান শোক্রবসিদি চুমদে, মসিদগী মোক্ষ

ফ৲বস্নু য়ারোই হায়না অর্জ্জুনা চিংনয়বদা হৌজিক মহাক (অর্জ্জুন) স৲ন্যাস লৌবদা মতীক চাদ্রি, মতীক চাদনা স ন্যাস লৌরবদি অফবা ফ৲বগী মহুত্তা কত্তবা ফ৲গনি। মরম অসিনা মহাক্তী ধর্ম্ম ওইবা লান অসিবু অন্ত করণ শে৲নবা নিকামভাবতা তৌ, মহুদগী নহাক অথোইবা খুবম ফ৲গনি হায়না মাবু ভগবান্না তাক্লি —

শ্রেয়ান্ স্বধর্ম্মো বিগুণঃ পরধর্ম্মাৎ স্বনুষ্ঠিতাৎ।
স্বধর্ম্মে নিধনং শ্রেয়ঃ পরধর্ম্মো ভয়াবহঃ ॥ ৩৫॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা :**—স্বধর্ম্ম =শাস্ত্রনা তৌ তাকপা মশা মশাগী তৌফম থোকপা কর্ম্ম (থবক, বিগুণ =মহু তৌবদা খজিক খরাক শোয ডান্না থোক্লবস্নু (মহুনা), স্বনুষ্ঠিতাৎ=নী থিনা শোয় ডামদনা তৌখিবা পরধর্ম্মাৎ=অতোপ্পগী মথৌবু ঈথৌ ওইনা তৌবা থবক্লগী, শ্রেয়ান=য়াম্না হেন্না ফৈ, স্বধর্ম্মে=(মরম অসিনা অতোপ্পগী মথৌবু ঈথৌ ওইনা তৌরগা হ৲িহুনা লৈবদগী) মশাগী মথৌ তৌবদা, নিধন৲ শ্রেয =শিখিবনা হেন্না ফৈ মরমদি—পরধর্ম্ম =অতোপ্পগী মথৌবু ঈথৌ ওইনা তৌবসি, ভয়াবহ =অকিবগী মশক্লি (অকিবা পোকহনবা ফত্তবগী মশক্লি) ॥ ৩৫ ॥

অপূনবা অর্থ — শাস্ত্রনা তৌ তাকপা মশা মশাগী মথৌ ওইবা থবক (তৌবদা) খজিক খরাক শোয় ডান্না থোক্লবস্নু (মহুনা), অতোপ্পগী মথৌবু ঈথৌ ওইনা নী৲থিনা (শোয় ডামদনা) তৌখিবা থবক্লগী থোইনা হেন্না ফৈ, মরম অসিনা মশাগী মথৌ ডাকপদা শিদোকখিবসি ফৈ, অতোপ্পগী মথৌ তৌবদি অকিবগী মশক্লি ॥ ৩৫ ॥

অথুপ্পা বা

মফম অসিদা ধর্ম্মগী অর্থ কর্ম্মনি, ব্যবহারদা মীনা হায়নবা ধর্ম্ম (Religion) নত্তে। ধর্ম্ম শব্দ কর্ম্মগী অর্থদা শাস্ত্রকার পুম্নমক্না শীজিন্নে। মরম অসিবা জৈমিনি ঋষিনা কর্ম্মমীমা৲সা দর্শনদা কর্ম্ম কদায়নু কৌবগে হায়বসি অসুম্না তাকই — "চোদনালক্ষণোঽর্থো ধর্ম্মঃ (১।১।২)— "বেদগী বিধিবাক্যনা তৌ তাকপা কর্ম্মহু ধর্ম্মনি।"

অর্জ্জুন ক্ষত্রিয় ওইবা মরমনা মাগী মথৌ ওইবা লান তৌগে হায়বগীদমক কুরুক্ষেত্রদা লাকপনি। লান হৌরমদাইমক্তদা মহু থাদোক্লুনা বন্দা চৎলগা উইহ্নবাহে চাদুনা লাই নী৲গে অমস্নু৲ স৲ন্যাস লোগে হাযবসি য়াম্না ফত্তবা বা অমনি। হৌজিক মহাক্তী অন্ত করণ শে৲দ্রি সূপ্না লানসিদা অহল লমন, মক্লপ মপা৲ শিগনি খল্লুবদগী বাদুনা মডোন্দা শ্মশানী বৈরাগ্য (মো৲ফমদা মৈ থারিবা হকচা৲বু উবগা মতম খরগীদমক পুক্নী৲দা পোকপা বৈরাগ্য) ওইবনি। মরম অসিনা মথৌ হন্দোক্লুনা মতীক চাদবা স৲ন্যাস লোগে খল্লবা কত্তে হায়না ভগবান্না তাকপনি। মাগী মথৌ পুম্নমক মিক্কামভাবতা তৌরগা অন্তঃকরণ শেংলবদা মতম চানা হায়রবদি বা অমনি। মফম চাদনা, মতম চাদনা অমস্নু৲ মতীক চাদনা অসিগুম্না বা হায়বসিদি চুমদে।

মতীক চাদনা অতোপ্পগী মথৌ তৌকবগী মহূত্তা ঈথৌ তৌহনা লৈরবদি শোয়দনা অকবা খুবম ফংগনি হায়বসি ভগবান্না অর্জুনবু খঙহনবনি। অহুবু মসি অর্জুনগীদমক্তা নত্তে, মী পুম্নমক্কী-দমক ভগবান্না হায়বনি। ভাগবত পুরাণদসু মহাক্না হায়রি—

স্বে স্বেঽধিকারে যা নিষ্ঠা স গুণঃ প্রবিকীর্ত্তিতঃ।
বিপর্য্যযস্তু দোষঃ স্যাদুভযোরেষ নিশ্চযঃ॥
(১১।২১২)

"মখা মশাগী মতীক চাবা তৌফম থোকপা থবক্তা চপযুনা লৈবসি গুণনী, মসিগী ওম্ন তৈননা মতীক চাদবা থবক তৌনবা হোৎনবসি দোষনি। মতো অসুম্না গুণ অমসুং দোষগী মসি অরেপ্পা মওঙনি।"

মসিদ নত্তনা অতোপ্পা মফমদসু মথৌ ছন্দোক্তনা অতোপ্পগী মথৌ মতীক চাদনা তৌবা মাগী মরমদসু অসুম্না হায়রি—

নাচরেদ যস্ত্ত বেদোক্তং স্বযমজ্ঞোঽজিতেন্দ্রিযঃ।
বিকর্ম্মণা হ্যধর্ম্মেণ মৃত্যোর্মৃত্যুমুপৈতি সঃ॥
(ভাগবত ১১।৩।৪৫)

"ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশিন্দবা অজ্ঞানীহনা মাগী মথৌ ওইনা বেদনা তাকপা কর্ম্ম তৌত্রবদি মহাক কর্ম্মহ তৌদবগী মশক ওইবা পাপনা মরম ওইহনা হন্ন হন্না পোক্ল-শিরা তৌহনা লৈ।"

মরম অসিনা মী পুম্নমক্না মথোয় মথোয়গী মথৌ ওইনা লৈরিবা থবক পুম্নমকপু নীংথিনা তৌহনা লৈগদবনি, মহ তৌবদা লায়থোকলোইদবনি হায়বসি ভগবান্না মফমসিদা তাকপনি॥ ৩৫।

৩৪ শুবা শ্লোকতা রাগ দ্বেষগী মখা পোনগনু হায়না ভগবান্না তাকখিবহৃদা মাগী (ভগবানগী) য়াথং মতুং ইন্না, মীনা অনীসিগী মখা পোন্দনবা কন্না হোৎনরবসু মখা পোন্দুনা লৈ। মসি করি মরমদগীনো? মরমহ খঙলবদি মীনা মহুবু কোকুনবা হোৎনরগা যান্না লায়না অনাসিগী মখা পোন্দবা ঙমগনি খন্দুনা অনীসিগী মরম খঙনবা অর্জুন্না অসুম্না হংলি—

অর্জ্জুন উবাচ

অথ কেন প্রযুক্তোঽযং পাপং চরতি পুরুষঃ।
অনিচ্ছন্নপি বাষ্ণেয বলাদিব নিযোজিতঃ॥ ৩৬॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— অর্জ্জুন উবাচ—**অর্জ্জুন্না হায়রখি (হংজখি), বাষ্ণেয়—বৃষ্ণিগী শাগৈদা পোকপা হে কৃষ্ণ! অথ—মতো অসুম্না (নংগী য়াথ মতুং ইন্না), অয়ং পুরুষ—মীসিন্না, অনিচ্ছন অপি=পামত্রবসু, বলাৎ—নমহনা, নিযোজিত ইব=তৌহনবগী মতৌগুম, কেন প্রযুক্তঃ—কনানা ঊনশিন্দুনা, পাপং চরতি=নত্তবা (তৌবা হৌনদবা) পাপকী থবক তৌই? ॥ ৩৬॥

**অপুনবা অর্থ ঃ—অর্জুনা অসুম্না হঙ্জখি—** হে বাষ্ণেয় ! মংগী য়াথং মতুং ইন্না মী সিন্না পাম্নদ্রবস্নু নমদুনা তৌহন্নবগী মতৌগুম কনানা ইনশিন্নুনা তৌকম থোক্কবা পাপকী থবক তৌই ? ॥ ৩৬ ॥

মসিগী পাউখুম ভগবান্না অসুম্না পীরি—

## শ্রীভগবানুবাচ

**কাম এষ ক্রোধ এষ রজোগুণসমুদ্ভবঃ।**
**মহাশনো মহাপাপ্মা বিদ্ধ্যেনমিহ বৈরিণম্ ॥ ৩৭ ॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—** শ্রীভগবান উবাচ=শ্রীভগবান্না হায়রিখি (পাউখুম পীরিখি)—এষ কাম = রাগগী (অপাম্বগী) মরম কামসিনি (ভোগ্য ওইবা পোৎশিংবু নীংবসিনি), অদুগা দ্বেষগী (য়েংথিবগী) মরম—এষ ক্রোধ =অশাউবসিনি, রজোগুণসমুদ্ভব =অদুগা মসি রজোগুণদগী পোকপনি, মহাশন —চাবদা পেনবা লৈতবনি, মহাপাপ্মা—মহা পাপীনি, ইহ—সংসারসিদা, এনং— মসিবু, বৈরিণং বিদ্ধি—য়েক্কবনি খঙউ। ৩৭ ॥

**অপুনবা অর্থ ঃ—** শ্রীভগবান্না হায়খি — রাগগী মরম কামসিনি (ভোগ্য ওইবা পোৎশিংবু নীংবসিনি), অদুগা দ্বেষগী মরম অশাউবসিনি মসি রজোগুণদগী পোকপনি, চাবদা পেনবা লৈতে, মহা পাপীনি, মরম অসিনা মসিবু সংসারসিদা য়েক্কবনি খঙউ ॥ ৩৭ ॥

### অথূপ্পা বা

ভগবৎ শব্দগী অর্থবুস্নু খঙবনা চুম্মি। মসিগী অর্থ বিষ্ণুপুরাণদা অসুম্না তাক্লি—

ঐশ্বর্য্যস্য সমগ্রস্য ধর্ম্মস্য যশসঃ শ্রিয়ঃ।
জ্ঞাণবৈরাগ্যযোশ্চৈব ষণ্ণাং ভগ ইতীঙ্গনা ॥
উৎপত্তিং প্রলয়ঞ্চৈব ভূতানামাগতিং গতিম্।
বেত্তি বিদ্যামবিদ্যাঞ্চ স বাচ্যো ভগবানিতি ॥

(বি পু ৬/৫/৭৪, ৭৮)

"মতীক মগুণ পুম্নমক, ধর্ম্ম পুম্নমক, মিংচৎ পুম্নমক, চাওখৎপা পুম্নমক, জ্ঞান পুম্নমক অমসুং বৈরাগ্য পুম্নমক— মখোয় তরুকসিগী মমিং 'ভগ নি। মরম অসিনা 'ভগো যস্যাস্তীতি ভগবান্' ভগ মাগী লৈববু ভগবান কৌই। অদুগা থরায় পানবা পুম্নমকী পোকপা-শিবা, লাকপা-চৎপা, জ্ঞান অমসুং অজ্ঞান পুম্নমকসিবু খঙবা মহাক অহ্ ভগবান্নি।"

অসিগুম্বা ভগবান্না জীব পুম্নমকী মথক্তা থোজানবিদুনা মখোয়গী কান্নবগীদমক অর্জুনবু তৌদুনা অথূপ্পা বা পুম্নমক তাকুনা হায়বিস্রিবস্নি।

সংসারসিদা মীবু অফ ফত্ত থবকশিংদা ঈনশিন্দুনা চঙহল্লিবসি কামনি। মসি খ্বায়দগী ঈহান হান্না মবদা পোকই। মহৌনা ঈনশিন্দুনা মতুংদা মবদা অতোপ্পা ঋখল পোকই। মসিবু শ্রুতিনা অস্মুম্না তাকই—"কামস্তদগ্রে সমবর্ত্ততাধি মনসো রেতঃ প্রথমং যদাসীৎ।" (ঋগ্বেদ ১ /১২৯/৪) "সৃষ্টি শোবা মতমদা খ্বায়দগী অহানবদা কাম অসি মনগী পাঙ্গল ওইনা মঙোন্দা লাকই।" মতৌ অস্মুম্না মসি লাক্লবদা মীনা অফ ফত্ত থবকশিংদা চঙবা হৌই। মসিবুস্মু শ্রুতিনা অস্মুম্না হায়রি—"স যথাকামো ভবতি তৎক্রতুর্ভবতি।" যৎক্রতুর্ভবতি, তৎকর্ম্ম কুরুতে। যৎকর্ম্ম কুরুতে, তদভিসম্পদ্যতে।" (শু যজু ব্রা উ ৬/৪/৫) —"মহাক্না (জীবনা) নীংবগী মতুংইন্না সংকল্প তৌই (ফংগে লেপ্পী), মহৌদগী সংকল্প অহৌগী মতুংইন্না থবক তৌবা হৌই, অহৌগা তৌরিবা থবক অহৌগী মতুংইন্না মহৌগী মহৈ ফংই।" মরম অসিনা নীংবদগী অপাম্বা পোক্নুনা মীনা অফ-ফত্ত থবক তৌরিবনি।

অহৌগা নীংদুনা তৌরিবা থবক অংহৌদা করিগুম্বা য়ৈথায় থিনগাইবা লাক্লবদি কাম অহৌদগী অশাউবা পোকই, মসিবু অহান্বদা "কামাৎ ক্রোধোঽভিজায়তে" (২।৬২) হায়না তাকপ্রে। মরম অসিনা মক্কম অসিদা কাম অমস্তুং ক্রোধবু অমত্ত ওইনা ভগবান্না তাকপনি। অশাউবা লাক্লবদি য়ৈথায় থিনগাইবা তৌরিবা পোৎ নত্রগা মী অহৌবু য়েংথিহৌনা মাঙনবা হোৎনৈ, মহৌ তৌবদা মীনা অফ ফত্ত করিমত্ত খন্দে। মতৌ অস্মুম্না কামদগী রাগ অমস্তুং ক্রোধদগী দ্বেষ ওই কাম অমস্তুং ক্রোধ লৈত্রবদি রাগ দ্বেষ লৈরোইদবনি। মরম অসিদগী মসি (কাম ক্রোধসি) মীওইবগী চাওখৎপগী লম্বীদা য়াম্না য়ে থিনবা য়েক্লবা অমনি অহৌগা মতম পুম্নমক্তা মীবু অরাবা পীদুনা লৈরিবনি অমস্তুং পাপকী থবকশিংবু তৌহনবা মরমদগী মহাপাপকী মশক্তি। মসিদ নত্তনা মসি হৌনশা ওইনা পেনগন্দে মতম পুম্নমক্তা হেন্না হেন্না ফংবা পামই, মসিদগী মাবু মবুক চাউবনি তাকপনি। মসিদি মী পুম্নমক্তা মশা মশানা অনুভব তৌহৌনা নীংথিনা খঙলিবনি। মসিগী মরমদা নারদ পরিব্রাজকোপনিষত্তস্মু খুদমগা লোয়ননা হায়রি—

ন জাতু কামঃ কামানামুপভোগেন শাম্যতি।
হবিষা কৃষ্ণবর্ত্মেব ভূয় এবাভিবর্দ্ধতে॥ (৩।৩৭)

"অপাম্বা পোৎশিংগী উপভোগ তৌবদগী কাম (নীংবা) অহৌ কদৌঙৈদস্মু তপথদে মহৌদি মৈদা শীং হাপচিল্লগা হেন্না হেন্না মৈরী হেনগৎলকপগুম্না উপভোগ তৌবদগী থোইনা থোইনা হেনগৎলকই।"

মরম অসিনা মসিবু তপথহনগে খনবা মী শিংনা মৈদা শীং পীত্রগা মশা মতোমদা তপথখিবগী (মুৎচখিবগী) মতৌগুম্না অপাম্বা পোৎশিংগী উপভোগ তৌবা ঙহমখৈ থাদোক্নুনা লৈরক্তদা মহাকস্মু মশা মতোমদা তপথখিগদবনি। মতৌ অস্মুম্না মসিগী উপাম্বুস্মু খঙহনগে হায়রগনি

ভগবান্না মসিবু, রজোগুণদগী পোকপনি তাকপনি। মীনা ওম্ব মথৈ সাত্ত্বিক ওইবা লমচৎ চত্তনা লৈরবদি রজোগুণ অমস্তু, তমোগুণ খ্বাংথরকপা মরম্না কাম অসি মশা মতোমদা তপথখিগনি ॥ ৩৭ ॥

কাম অসি চাওখৎপা পাম্বা নত্রগা মোক্ষগী লম্বীদা চৎনী‌ংবা মী শিংগী য়েক্কবনি হায়বসিবু খূদমশিং পীদুনা তাক্লি—

ধূমেনাব্রিয়তে বহ্নির্যথাদর্শো মলেন চ।
যথোল্বেনাবৃতো গর্ভস্তথা তেনেদমাবৃতম্ ॥ ৩৮॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—** বহ্নি —মঙালগী মশক ওইবা মৈবু, ধূমেন=মৈহুগা লোয়ননা পোকপা অমস্তু, অমম্বগী মশক ওইবা মৈখুনা, যথা আব্রিয়তে—খমজিনবা অহুগুম্না, আদর্শ =হৌনশা ওইনা অশেংবা মুংশেলবু, মলেন—মপাম্হোংদগী লাকপা উফুম্নচিংবা অমোংপনা, যথা আব্রিয়তে—খুমজিন্দুনা থম্বা অহুগুম্না, অহুগ, গর্ভ —মমাগী মবুক্তা লৈবা অঙাংবু, উল্বেন—অঙাং য়োমশিন্দুনা থম্নবা নাউয়োম্না যথা আবৃত =কুপ্তুনা থম্বা অহুগুম্না, তথা তেন—পাপকী মশক ওইবা অমোংপা কাম অহুনস্তু মতৌ অহুম্না, ইদং আবৃতম—অসিবু (মঙালগী মশক ওইবা জ্ঞানসিবু) খুমদুনা থম্মী ॥ ৩৮ ॥

**অপুনবা অর্থ ঃ—** মৈখুনা মৈবু খুম্বগুম উফুম্নচিংবা অমা পনা মু শেলবু খুম্বগুম অমস্তু, গর্ভদা লৈবা অঙাংবু নাউয়োম্না য়োমদুনা থম্বগুম কামসিনা (অপাম্বা পোং নীংবসিনা) অসিবু (জ্ঞানবু) খুমহুনা থমই ॥ ৩৮ ॥

**অথূপ্পা বা**

পোংশিংবু খঙনবা ঐখোয়গী জ্ঞানসি অন্ত করণদা পোকপা জ্ঞাননি মসিবু বৃত্তি জ্ঞান কৌই (অন্ত করণনা মশাগী অচুম্বা মওংদা পোংকী মওং ওইনা ওন্থববু বৃত্তি কৌই, মহুদা চেতনগী আভাস হায়বদি মমি তাহুনা পোং অহুগী জ্ঞান ওইরিবহু বৃত্তি জ্ঞান কৌই)। মসি আত্মাগী অশেংবা মশক ওইবা নিত্যজ্ঞান নত্তে। বৃত্তি, পোকপা শিবদগী মসিবু (বৃত্তিজ্ঞানসিস্তু) পোকপা মাঙবা নাইহুনা লৈ। অসিগুম্বা বৃত্তিজ্ঞান অসিবু কামনা খুমহুনা থমই হায়রবসিদা খূদম অহুম পীরি। অহানবা ফীবমদা কাম অসিবু বৃত্তি জ্ঞানগা লোয়ননা পোক্লগা জ্ঞানহুবু খুমজিন্দুনা মকহল্লি, অহুম্নমক ওইহুনস্তু জ্ঞান অহু মাগী বিষয়বু খঙহন্দুনা লৈ। মসিবু তাক্লবগীদমক মৈ অমস্তু, মৈখুগী অহানবা খূদম পীবনি। মৈগা লোয়নমা পোকপা মৈখুসিনা মৈহুবু মকহল্লি, অহুবু মৈনা মঙাল পীবা, শাব নচিংবা অহুবুদি তৌহুনা লৈ। অনীগুবা ফীবমদা মপান্দগী লাকপা উফুম্নচিংবা অমোংপনা মুংশেল খুমজিন্দুনা শৈবা মরম্না, মহুনা নীংথিনা মি বু লোবা ঙমদবগুম্না মপাম্হোংগী পাপ ওইবা অমোংপা কামমা অহুনা মুংশেলগী মশক ওইবা জ্ঞানবু খূমজিনবা মরমদগী মহাক্লা (জ্ঞানহুনা) তশেংনা বিষয়বু খঙহনবা ঙমদে। অহুগা অহুমগুবা ফীবমদা নাউয়োম্না কুপ্তুনা (য়োমদুনা) লৈবা অঙাংগী মতৌগুম্না মহাপাপকী মশক ওইবা কাম অসিনা জ্ঞানবু কুপ্তুনা মরমদগী মহাক (জ্ঞান) মাগী

অশেংবা মওডদা ওাহোকপা ঙমদে। মসিবু তাক্লবগীদমক ভগবানা মকম অসিদা খুদম অহুম পীবনি ।৩৮।

"কামনা অসিবু খুমহুনা থমই" হায়বসিদা "অসি" হায়বসিবু তশেংনা তাক্লনা অস্মুম্না হায়রি—

আবৃতং জ্ঞানমেতেন জ্ঞানিনো নিত্যবৈরিণা।
কামরূপেণ কৌন্তেয় দুষ্পূরেণাহনলেন চ ॥ ৩৯ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— কৌন্তেয়=কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন। কামরূপেণ=অপাম্বা পোৎপু নীংবগী মশক ওইবা, দুষ্পূরেণ—কদোৌঙদস্মু মবুক থন্দবা, অনলেন চ (ন অল, বস্তেতি অনল তেন) মরম অসিদগী মৈগুম্না ওকলে হায়বা লৈতবা, জ্ঞানিন নিত্যবৈরিণা—অহুগা জ্ঞান লৈবা মীগী হৌনশা ওইনা য়েক্লবা, এতেন—কাম অসিনা, জ্ঞানং আবৃতম=জ্ঞানবু খুমজিল্লিবনি ॥ ৩৯ ॥

অপুনবা অর্থ ঃ— হে অর্জ্জুন। অপাম্বা পোৎপু নীংবগী মশক ওইবা, কদোৌঙদস্মু মবুক থন্দবা, মরম অসিনা মৈগুম্না ওকলে হায়বা লৈতবা অমস্মুং জ্ঞানীগী হৌনশা ওইনা মতম পুম্নমক্তা য়েক্লবা কাম অসিনা জ্ঞানবু বুপশিল্লিবনি ॥ ৩৯ ॥

অথূপ্পা বা

কাম অসিনা বুদ্ধিবু খুমহুনা থম্বা মরমদগী মীনা মাগী (কামগী) মখা পোন্দুনা অফ ফত্ত থবক পম্নকক তৌবনি। মসিবু মনুনস্মু অস্মুম্না হাযরি—

অকামস্য ক্রিয়া কাশ্চিদ্ দৃশ্যন্তে নেহ কস্যচিৎ।
যদ যদ্ধি কুরুতে জন্তুস্তত্তৎ কামস্য চেষ্টিতম্ ॥ (২/৪)

"সংসার অসিদা কনাগুম্বা জীব অমত্তগী কামনা লৈত্তনা (অহানবদা পুক্নীংদা নীংবা তৌদনা) থবক অমত্ত উদে, থৱায়পানবনা তৌরিবা পুম্নমকসি কামগী চেষ্টানি (কামনা ঈনশিন্দুনা তৌবা ওাক্লনি)।"

মরম অসিনা জ্ঞানী অমস্মুং অজ্ঞানী অনীমক্তা কামগী মতুং ইন্না থবক তৌই, মসিদা করিমত্ত খেন্নদে। অহুবু জ্ঞানীদি তৌদবা য়াদবা থবক্তা মতৌই মরমদি জ্ঞানীনা কামসিবু মতম পুম্নমক্তা হৌনশা ওইনা য়েক্লবনি হায়বসি খঙই অহুগা অজ্ঞানীদি অহাম্বদা কামসিবু মখোয়গী মরূপনি খন্দুনা মহুনা ঈনশিনবগী মতুং ইন্না থবক তৌই, মতুংদা মহুগী ফত্তবা মহৈ ফংলবদা কাম অহুবু মখোয়গী য়েক্লবনি খঙই। মরম অসিনা ভগবান্না মকম অসিদা "জ্ঞানীগী হৌনশা ওইনা কাম অসি য়েক্লবনি" হায়রিবনি ॥ ৩৯ ॥

কাম অসি সংসারসিদা ফত্তবা পুম্নমক্তী মরূনি, মরম অসিনা অকবা লম্বীদা চত্নুনা চাওখৎপা পাম্বা মীনা কামসিবু শোয়দনা জয় তৌগদবনি — অহুবু মাগী লৈকম খঙব্রবদি কনানস্মু মাবু জয় তৌবা (শুদ্ধম চনবা) ওস্মোই। মসিদগী ভগবান্না মাগী লৈকম অস্মুম্না তাক্লি —

ইন্দ্রিয়াণি মনো বুদ্ধিরস্যাঽধিষ্ঠানমুচ্যতে।
এতৈর্বিমোহয়ত্যেষ জ্ঞানমাবৃত্য দেহিনম্ ॥ ৪০ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—** ইন্দ্রিয়াণি—জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা অমসুং কর্ম্মেন্দ্রিয় মঙা, মন =অচোইবা রাখল খনবা মন, বুদ্ধি =অরেপ্পা রাখল খনবা বুদ্ধি, মখোয় পুম্নমকসি অস্য—কাম অসিগী, অধিষ্ঠান, উচ্যতে—চঙফম ওইনা লৈফমনি হায়, এতৈ =মখোয় অসিনা মরম ওইদুনা, এষ =কাম অসিনা, জ্ঞান আবৃত্য=অক ফত্ত খন্নবা জ্ঞানবু খুমদুনা থম্লগা, দেহিন, বিমোহয়তি =মখোয় অসিদা অভিমান তৌদুনা হকচাং অসিদা জীবাত্মাবু শুমহত্ত্ননা থমই । ৪ ।

**অপুনবা অর্থ ঃ—**মীং নাকোং, খোঙ খুংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিং, মন অমসুং বুদ্ধি মখোয় পুম্নমকসি কামগী চঙনফম ওইনা লৈবা মফমনি হায়। মখোয় অসিগী পান্থ (মতেং) লৌদুনা কাম অসিনা জ্ঞানবু খুমদুনা থম্লগা হকচাংদা অভিমান তৌদুনা লৈবা জীববু শুমহত্ত্ননা থমই ॥ ৪০ ॥

হৌজিক ভগবান্না কামগী লৈফমদুবু অহানবদা খুদুম চল্লগা কামবু মাঙহন্নবা অস্মুম্না তাক্লি—

তস্মাত্ত্বমিন্দ্রিয়াণ্যাদৌ নিয়ম্য ভরতর্ষভ।
পাপ্মানং প্রজহি হ্যেনং জ্ঞানবিজ্ঞাননাশনম্ ॥ ৪১ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা —** ভারতর্ষভ—ভরতকী শাগৈদা পোকপা অথোইবা হে অর্জ্জুন। তস্মাৎ= মরম অসিদগী (ইন্দ্রিয়নচিংবা পুম্নমকসি কামগী লৈফম ওইবদগী), আদৌ=অহানবদা, ত্বং—নহাক্না ইন্দ্রিয়াণি নিয়ম্য—ইন্দ্রিয়শিংবু খুদুম চল্লগা, জ্ঞান বিজ্ঞাননাশনম=শাস্ত্র, আচার্য্যনচিংবদগী ফংবা জ্ঞান অমসুং মদুদগী বিচার মনন তৌদুনা ফংবা বিজ্ঞান অনীসিবু মাঙহন্নবা পাপ্মান,—পাপকী মরূ ওইবদগী পাপকী মশক ওইবা এনং—কাম অসিবু, হি—লেপ্পমক, প্রজহি=নীংথিনা হাংলু (নত্রগা প্রজহি—নীংথিনা থাদোকউ) ॥ ৪১ ॥

**অপুনবা অর্থ ঃ—** হে অর্জ্জুন! মরম অসিদগী নহাক্না অহানবদা ইন্দ্রিয় মন নচিংববু খুদুম চল্লগা পাপকী মশক ওইবা, জ্ঞান অমসুং বিজ্ঞানবু মাঙহনবা কাম অসিবু শোয়দনা হাংলু নত্রগা থাদোকউ ॥ ৪১ ॥

অথুপ্পা বা

অযবা লম্বীদা চত্তুনা মোক্ষ পাম্বা মীশিংনা অহানবদা মন, ইন্দ্রিয়নচিংবা পুম্নমকপু খুদুম চন্দূনা থম্নবা হোংনবসি মখোয়গী অথোইবা মথৌ ওইনা শোয়দনা তৌগদবনি। মদুগুদা মখোয়না মীংবদু থুংগনি। মসিবু শ্রুতিনস্মু অস্মুম্না তাক্লি—

যদা পঞ্চাবতিষ্ঠন্তে জ্ঞানানি মনসা সহ।
বুদ্ধিশ্চ ন বিচেষ্টতি তামাহুঃ পরমাং গতিম্ ॥
(কঠ ৩।২।১০)

"মনগা লোয়ননা জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা লেঙদনা নৈবা অমসুং বুদ্ধিসু (অন্তঃকরণসু) তুমিনা নৈবা মতম অতুদা, ফীবম্‌সিবু (সমাধিগী অবস্থাসিবু) অথোইবা মোক্ষগী অবস্থানি হায়।"

ম্‌সিগী মরমদা শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণদসু অসুম্না হায়রি—

> অন্বীক্ষেতাত্মনো বন্ধং মোক্ষঞ্চ জ্ঞাননিষ্ঠয়া।
> বন্ধ ইন্দ্রিয়বিক্ষেপো মোক্ষ এষাং চ সংযম ॥
> (ভা. ১১।১৮।২২)

-"জ্ঞানদা নিষ্ঠা ওইদুনা (থাজবগা লোয়ননা পূক্নী থমদুনা) আত্মাগী বন্ধ অমসুং মোক্ষগী মরমদা অসুম্না বিচার তৌগদবনি। মদুদি— ইন্দ্রিয়শিংনা লেঙদনা নৈতবসি বন্ধনি অদুগা মখোয়বু লাকশিন্দুনা লেঙদনা থম্বসি মোক্ষনি।"

- মতৌ অসুম্না ইন্দ্রিয়শিংবু খুত্থুম চন্দুনা থম্লবদা পূক্নীংদগী কাম-ভাবনাশিংসু চংথোকখিগনি। পূক্নীংদগী কামভাবনা চংথোকপ্রবদি হিংন হিংনা মোক্ষ ফংই হায়বসিবু শ্রুতিনা অসুম্না তাক্লি—

> যদা সর্ব্বে প্রমুচ্যন্তে কামা যেঽস্য হৃদি শ্রিতা।
> অথ মর্ত্ত্যোঽমৃতো ভবত্যত্র ব্রহ্ম সমশ্নুতে॥
> (কঠ ৩।২।১৪)

"মী অদুগী পূক্নীংদা নৈবা কামভাবনা পুম্নমক চংথোকখিবা মতম অদুদা অপোক অশি নাইদুনা মৈবুসা মহাক অমৃত ওই (পোকপা শিবা নাইদনা লৈ), অমসুং হিংন হিংনমক ব্রহ্ম ফংই (ব্রহ্মগী মশক ওইনা লৈ)।"

মরম অসিদগী মফমসিদসু ভগবান্না ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশিল্লগা কামবু হাংদোক্লগা পূক্নীংদগী থাদোকউ তাক্লিবনি।

শ্লোক অসিদা লাকইবা "প্রজহি হি হায়বা শব্দ অসিদা অকোনবগী "হি'বু মথক্তা তিনশিল্লবদি মসিগী অর্থ "নীংথিনা থাদোকউ ওইগনি মসি "প্র উপসর্গ হাপ্লগা "ও হাক ত্যাগে" হায়বদি থাদোকপা অর্থ ওইবা 'হা' ধাতুগী রূপনি অদুগা অকোনবগী "হি" বু মথক্তা তিনশিন্নবদি "হি—লেপ্পনমক, প্রজহি—নীংথিনা হাংদু" হায়বনি, মসি হাংপগী অর্থদা "প্র" উপসর্গগা লোয়নবা "হন" ধাতুগী রূপনি ॥ ৪১ ॥

মপাম্বোংগী ইন্দ্রিয়শিংবু নমদুনা থিংদুনা থম্লবসু মনুষ্য (পূক্নীংদা) বিষয় (ভোগ ওইবা পোংশিং) গী খোয়রাংবা অদু করম্না কোকহনবা য়াগনি হায়না চিংনরবদা "রসোঽপ্যস্য পরং দৃষ্ট্বা নিবর্ত্ততে" (২/৫৯) হায়খিবগী মতুং ইন্না খোয়রাংবসু থাদোকপা উপায় আত্মদর্শনবু তাক্লনবগীদমক ভগবান্না হকচাংনচিংবদগী তোপ্পা থায়গী মনুং চম্না নৈবা আত্মাবু অসুম্না তাক্লি—

ইন্দ্রিয়াণি পরাণ্যাহুরিন্দ্রিয়েভ্যঃ পরং মনঃ।
মনসস্তু পরা বুদ্ধির্যো বুদ্ধেঃ পরতস্তু সঃ॥ ৪২॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—ইন্দ্রিয়াণি = মীৎ নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংসি, পরানি — অপোবা হকচাংদগী হেন্না থোই (অথোইবনি), আহুঃ — অসুম্না শ্রুতি অমসুং মুনি-ঋষিশিংনা হায় (মরমদি মখোয়সি অপোবা হকচাংসিগী মনুংদা লৈরগা মসিবু ডাম্থোকহনবা অকুপ্পা পোৎশিংনি), ইন্দ্রিয়েভ্যঃ = হায়রিবা ইন্দ্রিয়শিংসিদগী, মনঃ পরং = সংকল্প-বিকল্পগী মশক ওইবা (অচোইবা রাখল থনবনা মাগী স্বভাব ওইবা) মননা হেন্না থোই (অথোইবনি) (মরমদি মনসিনা লমজিংহনা ইন্দ্রিয়শিংবু মখোয় মখোয়গী বিষয়শিংদা লোইশিল্লি), মনস তু — অদুগা মনদগী, বুদ্ধি পরাঃ — অরেপ্পা রাখল থনবনা মাগী স্বভাব ওইবা বুদ্ধিসিনা হেন্না থোই (অথোইবনি) মরমদি বুদ্ধিগী মথা পোন্দুনা মন অসিনা "তৌসিরা তৌগনুসিরা" অসিনচিংবা অচোইবা রাখল থল্লী, বুদ্ধেঃ তু পরত য = অদুগা বুদ্ধিবুসু ডাম্থোকতুনা মথোন্দগী (বুদ্ধিদগী) অথোইবা ওইনা লৈরিবহু, স = মহাক্কি (হকচাং ইন্দ্রিয়নচিংবগা লোয়ননা অমত্ত ওইরগুম তৌবদগী কামনা শুমহত্তুনা থমই হায়রিবা আত্মা অদুনি)॥ ৪২॥

অপুনবা অর্থ — অপোবা হকচাংদগী মীৎ-নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংনা হেন্না থোই (অথোইবনি), ইন্দ্রিয়শিংদগী মননা হেন্না থোই (অথোইবনি), মনদগী বুদ্ধিনা হেন্না থোই (অথোইবনি) অদুগা বুদ্ধিদগীসু হেন্না থোইনা (থোইদোক হেন্দোক্না) মাবু (বুদ্ধিবুসু) ডাম্থোক-হন্দুনা লৈরিবহু আত্মানি হায়না শ্রুতি অমসু, মুনি-ঋষিশিংনা হায়॥ ৪২॥

অথূপ্পা বা

অপোবা হকচাংদগী হৌহনা বুদ্ধি ফাওবা হায়খ্রিবা পোৎশিংসিদা মখোয়গী কারণ প্রকৃতি (মায়া) ওইনা অথোই-অহেন নাইনা খেন্নবা লৈত্রবসু ব্যবহারদা কোংদোক্তুনা থবক তৌবা মতমদা মখোয়সিদা অপো অকুপ, অচো অপীক অমসু, অথোই-অহেন লৈ অদুগা অমনা অমদগীসু খেন্নে। অদুমক ওইদুনসু মখোয় পুম্নমকসি অচেতন ওইবা মরমদগী মশা মতোমদা ডাম্থোকচবা অমসুং কোংদোকচবা ঙমদবদগী মখোয়বু ডাম্থোকহনবা অমসু, কোংদোকহনবা চেতন আত্মা মখোয়দগী তোপ-তোপনা অমসু, য়াম্না থোইনা হেন্না লৈ। মহাক মখোয় পুম্নমকপু য়েংদুনা অমসু, খাংদুনা লৈবা মরমগী য়েংল্লিবা অমসু, খাংল্লিবা পোৎশিংদগী অয়েংবা অমসুং অখাংবা চেতন আত্মা অতোপ্পনি অমসুং অথোইবনি তাক্নবগী দমক ভগবান্না "ইন্দ্রিয়াণি" অসিনচিংবা হায়বনি॥ কঠোপনিষত্তুদি যমরাজনা নচিকেতাগী মফমদা মসিদগী থম্না খেন্নবা অমসুং হেনগৎলা অসুম্না হায়রি—

ইন্দ্রিয়েভ্যঃ পরা হ্যর্থা অর্থেভ্যশ্চ পরং মনঃ॥
মনসস্তু পরাবুদ্ধির্বুদ্ধেরাত্মা মহান্ পরঃ॥

মহতঃ পরমব্যক্তমব্যক্তাৎ পুরুষঃ পরঃ
পুরুষান্ন পরং কিঞ্চিৎ সা কাষ্ঠা সা পরা গতিঃ॥
(কঠ অ° ১।৩।১০,১১)

"মীৎশচিংবা ইন্দ্রিয়শিংদগী মখোয়গী বিষয় রূপ রসন চিংবসি অথোইবনি (মরমদি ইন্দ্রিয়শিংসি মখোয়গী বিষয় লৈত্রবদি করিমত্ত তৌবা ঙমদে, বিষয়গী মখা পোন্দুনা লৈরগা থবক তৌই), অদুগা রূপ-রসনচিংবা বিষয়শিংদগী মনসিনা অথোইবনি (মরমদি মপান্থোংগী বিষয় লৈত্রবস্তু মননা মনীং, অদুনা বিষয়শিংগী কল্পনা তৌরগা মহুগী মতুং ইন্না অরা নুংঙাই লোবা ঙম্মী), মনদগী বুদ্ধিসিনা হেন্না থোয়, ঐখোয়গী বুদ্ধিদগী হিরণ্যগর্ভগী (ব্রহ্মাগী) বুদ্ধিসিনা (জীব পুম্নমক্কী অপুনবা বুদ্ধিশিংগী মশক ওইবা মহাতত্ত্ব) হেন্না থোয়, হিরণ্যগর্ভগী বুদ্ধিদগী (মহাতত্ত্বদগী) থাবগী মরু ওইবা অব্যাকৃত (থবক ওইনা মওং ওন্থোক্রিবা) প্রকৃতি (মায়া) 'সিনা হেন্না থোয়, অব্যাকৃত মায়া অসিদগী পুরুষ (অচং চত্ত—হকচাং পুম্নমক্কা শীন থুংনা লৈরগা থম্মোয়দা ঙালিবা আত্মা) হেন্না থোয়, পুরুষ (আত্মা) অসিদগী অথোইবা অমসুং অতোপ্পা অমত্ত লৈতে মহাক সংসার অসিগী ঙমখৈনি অমসুং মহাক অথোইবা খুবম্নি (মোক্ষগী মশক ওইবা ব্রহ্মমক্কি।"

অসিগুম্বা আত্মতত্ত্ববু নীংথিনা খঙনবা হোৎনৌ, মসিবু খঙলবদি পুক্নীংদা সংসারগী কামনা লৈরোই হায়না ভগবান্না মফমসিদা তাকপনি। ৪২।

হৌজিক ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশিন্দুনা কর্মযোগ তৌবদগী আত্মাবু খঙলগা কাম জয় তৌবা ঙমগনি হায়বসিবু লোইশিন্দুনা ভগবান্না অস্নুম্না হায়রি—

এবং বুদ্ধেঃ পরং বুদ্ধা সংস্তভ্যাত্মানমাত্মনা
জহি শত্রুং মহাবাহো কামরূপং দুরাসদম্ ॥ ৪৩ ॥

ইতি শ্রীমদ্ভগবদগীতাসূপনিষৎসু ব্রহ্মবিদ্যায়াং যোগশাস্ত্রে
শ্রীকৃষ্ণার্জ্জুন সংবাদে কর্ম্মযোগো নাম
তৃতীয়োঽধ্যায় ।৩।

**অন্বয় ব্যাখ্যা** :— মহাবাহো=পাম্বোম চাউবা হে অর্জ্জুন। এবং—মথক্কী হায়খ্রিবা অস্নুম্না, বুদ্ধে=বুদ্ধিগী মশক ওইবা অন্তঃকরণদগী, পরং=অথোইবা অমসুং অতোপ্পা আত্মাবু, বুদ্ধা=নীংথিনা খঙলগা, আত্মনা—বিবেক বিজ্ঞানগী মশক ওইবা অরেপ্পা বুদ্ধিনা, আত্মানং—সকল্প-বিকল্পগী মশক ওইবা অচোইবতা খন্দুনা লৈবা মনবু, সংস্তভ্য=লাকশিন্দুনা তপথনা থম্নগা, দুরাসদং=ফাজিনবদা য়াম্না কন্না (বানা, লুনা) থোকপা, কামরূপং—অমসুং সংসারগী অপাম্বা পোৎশিংগী নীংবগী মশক ওইবা, শত্রুং=য়েক্কবসিবু, জহি=নহাক্না হাংলু ॥ ৪৩।

**অপূনবা অর্থ ঃ—** পান্বোম কনবা হে অর্জুন। মতৌ অসুম্না বুদ্ধিদগী অথোইবা অমসুং অতোপ্পা আত্মাবু নীংথিনা খঙলগা অয়েপ্পা বুদ্ধিনা মনবু তপথনা থমহনা, ফাজিনবদা য়াম্না কন্না (য়ানা লুম্না) থোকপা অমসুং কামগী মশক ওইনা য়েক্লবসিবু মহাক্না হাংলু ।৪৩।

## অথূপ্পা বা

অধ্যায় অসিগী অয়োইবদা কর্ম্মযোগবু লোইশিন্দুনা ভগবান্না কামবু (সংসারগী পোংশিংগী ফংনবা নীংবা) থাদোক্লবা উপায় আত্মদর্শননি (আত্মাবু খঙবনি) হাযবসি মরু ওইনা তাক্লি। সংসারগী কয়িগুম্বা থবক অমা তৌবা মতমদা জীব পুম্নমক্না হকচাং, মন, বুদ্ধি (অন্ত করণ) নচিংবা পুম্নমক্না লোয়ননা অমত্তা ওইনা আত্মাবু খঙলগা থবক অহু তৌই। মসি সংসারগী ব্যবহার পুম্নমক্না চপ মান্নি, অসিগুম্বা ব্যবহারগী মতমদা জ্ঞানী অমসুং অজ্ঞানী অনীমক্না কয়িমত্ত খেন্নদে। মরম অসিনা বেদান্তদর্শনগী উপোদঘাত ভাষ্যদা শ্রীশঙ্করাচার্য্যনা অসুম্না হায়ি— "পশ্বাদিভিশ্চাবিশেষাৎ — ব্যবহারগী মতমদা লৌশিং শিংবা অমসুং জ্ঞানী ওইবা মী শিং শাশিংগা কয়িমত্ত খেন্নদে।" অহুমক ওইহনস্ত জ্ঞানীশিংনা আত্মাবু কর্ত্তা অমসুং ভোক্তানি খঙদে, অজ্ঞানীশিংদনা মাবু কর্ত্তা অমসুং ভোক্তানি খঙই। মাদি মতম পুম্নমক্না দ্রষ্টা (অয়েংবা অখঙবা) ওইহনা কর্ত্তা অমসুং ভোক্তা ওইবা বুদ্ধিনচিংবদগী তোপ্পা লৈয়িবনি। মসিগী মরমদা শ্রুতিনসু অসুম্না হায়রি—"চক্ষুষো দ্রষ্টা, শ্রোত্রস্য দ্রষ্টা, বাচো দ্রষ্টা, মনসো দ্রষ্টা বুদ্ধের্দ্রষ্টা, প্রাণস্য দ্রষ্টা, তমসো দ্রষ্টা, সর্ব্বস্য দ্রষ্টা, তত সর্ব্বস্মাদন্যাদন্যো বিলক্ষণ।" (নৃসিংহোত্তর তা উ ২/১)—"চেতন ওইবা আত্মাসি মীৎপু খঙবনি (য়েংবনি-উবনি), নাকোংবু খঙবনি, বাবু (য়াঙাঙ খোন্থোকপু) খঙবনি মনবু খঙবনি, বুদ্ধিবু খঙবনি, প্রাণবু খঙবনি, অজ্ঞানবু খঙবনি, অমসুং পুম্নমকপু খঙবনি, মরম অসিদগী মহাক লেঙলি পাল্লিবা অচেতন ওইবা পোৎ পুম্নমক্কগী অতোপ্পনি অমসুং মওঙ তিন্নদবনি।"

মতৌ অসুম্না পোৎ পুম্নমকপু অখঙবা (অয়েংবা অউবা) আত্মাসি খঙলিবা (য়েংলিবা, উয়িবা) পোৎ পুম্নাক্কগী তোপ্পা লৈব, মরম্না খঙলিবা কামনচিংবা অসি মঙোন্দা লৈতে লেপ্তুনা মখোয় পুম্নমক অহুবু লায়না থাদোকপা ঙমগনি। কামনচিংবা অসিদি মনদা লৈবা মাগী ধর্ম্মশিংনি। মরম অসিনা শ্রুতিনসু অসুম্না হায়রি—"কাম সংকল্পো বিচিকিৎসা শ্রদ্ধাঽশ্রদ্ধা ধৃতিরধৃতি-হ্রীর্ধীর্ভীরিত্যেতৎ সর্ব্বং মন এব। (বৃ উ ১/৫/৩)—"কাম (নীংবা), সংকল্প (লেপ্পা) বিচিকিৎসা (চিংনবা), শ্রদ্ধা (থাজবা), অশ্রদ্ধা (থাজদবা), ধৃতি (তপথবা), অধৃতি (তপথদবা), হ্রী (ঈকায়বা), ধী (খঙবা) অমসুং ভী (কিবা) মসি পুম্নমকসি মনমক্নি।" মরম অসিদগী কামনচিংবসি আত্মাগী নত্তে, সূপ্পা অজ্ঞাননা মরম ওইহনা মনগা লোয়ননা আত্মা অমত্ত ওইবগুম তৌবদগী মাগীনি হায়না ব্যবহারদা খঙনবদনি। ব্যবহারদা খঙনরিবা অসিবুসু থাদোক্লবা উপায়দি

মনবু সাত্ত্বিক ওইনা থম্বনি ( মনদা সত্ত্বগুণ য়াম্না থম্বনি ), মনদা রজোগুণ য়াম্না পোক্কদবা থবক তৌরোইদবনি, মনদা রজোগুণ লাক্লবদি কামনচিংবা লাকপস্ু শোয়দবনি। মরম অসিনা ভগবাম্না মাবু ( কামবু ) রজোগুণদগী পোকই তাকখিবনি। চাবা, থকপা মতম পূম্নমক্তা সত্ত্বগুণ ওইবা অথোইবা পোং চাবা থকপা তারবদি রজোগুণ লাক্লোই, রজোগুণ লাক্রুবদি কাম লৈরোই, মাবু নীংথিনা জয় তৌবা ঙমগনি। মসি পূম্নমকসি রাখল তানা মনবু লাকশিন্দুনা থম্নবা হোৎনরবতদা মহৈ য়ানবা ঙমদ্রনা অথোইবা খুবম ফংগনি ॥ ৪৩ ॥

মতৌ অসুম্না শ্রীভগবাম্না শকপা উপনিষৎশিংদা ব্রহ্মবিদ্যাগী মশক ওইবা

যোগশাস্ত্রগী মনুংদা অর্জ্জুন অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী রাহং পাউখুম ওইনা

চাউনবদা "কর্ম্মযোগ" কৌবা অহুমশুবা অধ্যাযগী স্বামী

যোগেন্দ্রানন্দনা ইবা অথূপ্পা রাগা লোয়নবা

অন্বয় ব্যাখ্যা লোইরে ।৩।

—ওঁ—



# শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতা

( চতুর্থোঽধ্যায )

## মরিশুবা অধ্যায

মরিশুবা অধ্যায অসিগী মমিং জ্ঞান কর্ম্ম সংন্যাস যোগনি। মসি ব্রহ্মার্পণযোগনি, মসিদা শ্রীভগবান কৃষ্ণনা মশামকপু সাক্ষাৎ পরমেশ্বরনি হায়বসি তাকনি অহুগা মঙোন্দা শ্রদ্ধা ভক্তি লৌংথিনা থম্লগা জ্ঞান ফংনবা নিষ্কামকর্ম্মযোগগী অনুষ্ঠান তৌগদবনি হায়খিবহু লোইশিনবিগনি। মহুদা জ্ঞানযোগ সাধ্যনি ( মহৈ ওইনা ফংগদবনি ), অহুগা কর্ম্মযোগ অহুগী সাধননি ( উপায়নি ), অহুবু অনীসিবু মোক্ষগী সাধন ওইনা অমত্ত ওইবগুম লৌরগা যোগসিবু থাগৎনবগীদমক মসিবু মথং মনাও নাইনা ফংখিবা গুরু শিষ্যশিংবু অস্নুম্না হায়রি —

### শ্রীভগবান্ উবাচ

ইমং বিবস্বতে যোগং প্রোক্তবানহমব্যযম্।
বিবস্বান্মনবে প্রাহ মনুরিক্ষ্বাকবেঽব্রবীৎ॥ ১ ॥
এবং পরম্পরাপ্রাপ্তমিমং রাজর্ষযো বিদু।
স কালেনেহ মহতা যোগো নষ্টঃ পরন্তপ॥ ২ ॥

**অন্বয ব্যাখ্যা** :— শ্রীভগবান উবাচ=শ্রীভগবান্না হায়খি—অহং—ঐনা (ভগবান্না), বিবস্বতে= আদিত্যগীদমক (নুমিৎ কৌবা লাইগীদমক), অব্যয়ং—মাঙ তাকপা লৈতবা, ইমং যোগং=কর্ম্মনিষ্ঠানা ময়ম ওইহনা ফংগদবা জ্ঞানযোগসিবু, প্রোক্তবান—সৃষ্টিগী মতমদা অহান্নদা হায়খি তাকখি), বিবস্বান =আদিত্যনা, মনবেপ্রাহ—মাগী মচা মনুগীদমক হায়খি, মনু—অহুগা মনুনা ইক্ষ্বাকবে অব্রবীৎ —মচা ইক্ষ্বাকু নিংথৌগীদমক হায়খি ।১। এবং—মতৌ অস্নুম্না, রাজর্ষয় =নিমি, জনকনচিংবা অতোপ্পা রাজর্ষিশিংনা, পরম্পরাপ্রাপ্তং—গুরু শিষ্যগী মওঙদা মথং মনাও নাইনা ফংবা, ইমং বিদু — জ্ঞানযোগসিবু খঙখি, অহুবু পরন্তপ—য়েক্লবশিংবু রাহন-কিহনবা হে অর্জুন। স যোগ =মতৌ অস্নুম্না রাজর্ষিশিংনা ফংখিবা যোগ অহু, মহতা কালেন=মৃত্তম কুইদনগী ছোৎহুনা, ইহ নষ্ট = সংসারসিদা হৌজিক মাঙত্রে ।২।

**অপুনবা অর্থ ঃ—** শ্রীভগবান্না হায়খি — ঐনা সৃষ্টিগী মতমদা খ্বায়দগী অহানবদা আদিত্যগীদমক জ্ঞানযোগ অসিবু তাকপিখি আদিত্যনা মচা মনুগীদমক অহুগা মনুনা মচা ইক্ষ্বাকু নি খৌগীদমক যোগসিবু হায়খি (তাকখি) ॥১॥ মতৌ অসুম্না গুরু শিষ্য পরম্পরা ওইনা জনকনচিংবা অতোপ্পা রাজর্ষিশিংনসু যোগসিবু খঙখি (ফংখি)। অহুবু হে অর্জ্জুন। যোগ অহু সংসারসিদা মতম কুইনদগী হৌত্নুনা হৌজিক মাঙখ্রে ॥২॥

অথুপ্পা বা

অহানবা শ্লোকতা ভগবান্না নুমিৎ কৌবা লাইগী (আদিত্যগী) দমক খ্বায়দগী অহানবদা জ্ঞানযোগগী উপদেশ পীখি হায়না তাক্লি। মসিদা হায়রিবা নুমিৎ স ঐখোয়না আকাশদা উরিবা নুমিৎ অসিগী অধিষ্ঠাতা দেবনি, অচেতন ওইবা মৈগী গোলা (অতূপ্ত মতম) অসিদি মাগী হকচানি, মসিদা অভিমান তৌত্নুনা লৈবদগী লাই অহুবুসু ঐখোয়না নুমিৎনি হায়নবনি। মসিগুম্বা লাইশিংগী মরমদা বেদান্তদর্শনদা অসুম্না হায়রি —"অভিমানিব্যপদেশস্তু" (২/১/৫) "মৃদব্রবীৎ আপোহব্রুবন্" (শতপ ব্রা ৬/১/৩/২, ৪) — লৈপাক্না হায়, ঈশিংনা হায়।" "তত্তেজ ঐক্ষত" (ছা উ ৬।২।৩)— "মৈনা পুক্নীংদা লেপ্পী" অসিনচিংবা মফমদা লৈপাক, ঈশিংনচিংবা মখোয় মখোয়গী অভিমানী, ওইবা লাইশিংনি হায়না খঙগদবনি। মরম অসিনা কুন্তীনা কৌবদগী মাগী মনাক্তা লাক্লুনা কর্ণবু পোকহনখিবা লাই অহু ঐখোয়না উরিবা নুমিৎসিগী অভিমানী ওইবা লাইনি। মাবু শ্রীভগবান্না সৃষ্টিগী অহানবা মতমদা জ্ঞানযোগগী উপদেশ পীখিবনি। যাম্না মঙাল লৈবদগী মাগী মমিং বিবস্বান কৌই অহুগা অদিতিগী মচা ওইবদগী আদিত্য হায়নসু কৌই। মনু অমসুং যম মাগী মচানুপাশিংনি অমসুং যমী (যমুনা তুরেল) মচানুপীনি ॥ ১ ২ ॥

মতৌ অসুম্নাগুরু শিষ্যগী পরম্পরা কায়খিবা মরমদগী মাঙখ্রবা যোগসিবু ভক্ত ওইবা মীশিংগী কান্নবগীদমক নংাকপু (অর্জ্জুনবু) নিমিত্ত ওইনা লৌত্নুনা অমুক হন্না তাক্লবনি হায়না ভগবান্না অর্জ্জুনবু অসুম্না খঙহল্লি—

স এবায়ং ময়া তেহদ্য যোগং প্রোক্তং পুরাতনঃ।
ভক্তোহসি মে সখা চেতি রহস্যং হ্যেতদুত্তমম্॥ ৩॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—** পুরাতন =অম্না কুইরবা (মমাঙৈদগী নিত্য ওইনা লেঙদনা লৈবা অমসুং গুরু পরম্পরা কায়খিবদগী হৌজিক থুপখ্রবা) স এব — ঈহান হানবদা আদিত্যবু তাকখিবমক ওইবা, অয়ং যোগ =কর্ম্মযোগ তৌরগা ফংগদবা জ্ঞানযোগ অসিবু, অদ্য=ঙসি (হৌজিক), তে =নহাক্তীদমক, ময়া প্রোক্ত =ঐনা হায়রে (অনীশুবা অমসুং অহুমশুবা অধ্যায়দা ঐনা হায়রে),

ইতি—ঐনা নঙোন্দা হায়রিবসিগী মরমদি, মে ভক্ত অসি—নহাক ঐগী ভক্তনি, সখা চ= অমসুং মরূপনি ( মসিদগী ঐনা নঙোন্দা অথপ্পা রা তাকপনি ), এতদ হি—মসি লেপ্পমক, উত্তম, রহস্যং—যাম্না থূপ্পা জ্ঞান নী ( মরম অসিনা ভগবানগী ভক্ত ওইদবা অমসুং মাবু নীংদবা মীগী মফমদা তাকপা য়াবা রা নত্তে ) ॥ ৩॥

**অপুনবা অর্থ ঃ—** নিত্য ওইনা লেঙদনা লৈবা অমসুং ইহান হানবদা আদিত্যবু পীখিবা জ্ঞানযোগ অসিবু হৌজিক ঐনা নঙোন্দা হায়রে, মরমদি নহাক ঐগী ভক্তনি অমসুং মরূপনি, মসি য়াম্না থপ্পবা জ্ঞান নী ( মরম অসিনা অতোপ্পদা তাকপা য়াবা রা নত্তে ) ॥ ৩॥

ভগবাম্না অর্জুনবু হায়রিবা রা অসিদগী ঐখোয়না মসি খঙবা ঙম্মী, মতুদি জ্ঞানযোগসিবু ফংনীংবা মী ভগবানগী ভক্ত শোয়দনা ওইবা তাই অমসুং মসিবু য নী তুনা মাবু নী বা তাই মতুতদা মীনা জ্ঞানযোগ ফ বা শুমগনি অতোপ্পা পোং অমা ফংনীংতুনা মাগী ভক্ত ওইবা অমসুং মাবু নীংবা অতুদগীদি জ্ঞানযোগ অসি ফংবা ঙম্মোই। মসিদ নত্তনা মসি (জ্ঞানযোগসি) মতীক চাদবা মীদা তাক্লবদি অরেম্বদা তাগনি। মরম অসিনা শ্রুতিনসু অম্মুম্না হায়রি—"এতদগুহ্যতমং নাহপুত্রায নাহশিষ্যায নাহশান্তায কীর্ত্তযেদিত্যনন্যভক্তায সর্ব্বগুণসম্পন্নায দদ্যাৎ" ( মৈত্রায়ণ্যুপনিষৎ ৬/২৯ )—"নচা নত্তবা, শিষ্য নত্তবা অমসুং পূক্নীং শেংদবা মীগী মফমদ। থ্বায়দগী হেন্না অথপ্পগী মশক ওইবা জ্ঞানযোগসিবু হায়রোইদবনি ( তাক্লোইদবনি ), মসিবু সুপ্ন। পূক্নীং অনী লোঙদনা ভক্ত ওইবা অমসুং গুণ পুম্নমক লৈবা মীগীদমক পীগদবনি।" মরম অসিনা জ্ঞানযোগবু ফংনীংবা মীনা ঈশ্বরবু নীংতুনা মাগী ভক্তি তৌগদবনি ॥ ৩॥

অচম্বা মীশিংনা—"কৃষ্ণ অসিদি বসুদেবগী মচানি অমসুং অতোপ্পগী মতৌগুম্না নিংথৌমচা অমনি, মানা তাক্লিবা রাশিংসি প্রমাণ ওইনা লৌবা য়াফম থোক্তে" অসিনচিংবা হায়তুনা থাজদবা অতু কোকহনগে অমসুং মখোয়গী মফমদা শ্রীকৃষ্ণবু ঈশ্বরমক্নি খঙহনগে হায়বগীদমক অর্জুনা অচম্বা মীগী মতৌগুম্না অম্মুম্না হংলি—

অর্জ্জুন উবাচ

অপরং ভবতো জন্ম পরং জন্ম বিবস্বত ।
কথমেতদ্বিজানীযাং* ত্বমাদৌ প্রোক্তবানিতি ॥ ৪॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—** অর্জুন উবাচ—অর্জুনা হায়খি ( হংখি ), ভবত জন্ম=ইবুঙো নহাকী মপোক, অপরং=তুংদা ওই ( ঐগা লেংমান্নবা নহাক বসুদেবগী মচা ওইনা পোকই ), বিবস্বত জন্ম=বিবস্বানগী ( সুমিংকী ) মপোক্তি, পরং=মাঙদা হাম্না ওইখি ( সৃষ্টি হৌবা মতমদা

*বিজানামি—অম্মুম্নসু পাঠ লৈ।

সুমিং পোকখি), মরম অসিনা—ত্বং আদৌ—নহাক্না অহানবদা ( সৃষ্টি হৌবা মতমদা ); প্রোক্তবান —আদিত্যগী মফমদা জ্ঞানযোগ হাযখি, ইতি এতৎ—অসিগুম্বা রা অসিবু, কথ, বিজানীয়াং— ঐনা করম্না খঙগনি ॥ ৪ ॥

**অপূনবা অর্থ :—** অর্জ্জুনা হংজখি ইবুংঙো নহাক্ত তুংদা পোকই ( পোকপা কুইত্রি ), অদুগা আদিত্যাদি য়াম্না হান্না সৃষ্টিগী মতমদা পোকখি , মরম অসিনা নহাক্না আদিত্যবু সৃষ্টি হৌবা মতমদা জ্ঞানযোগ হাযখি ( তাকখি ) হায়বসি ঐনা করম্না খঙগনি ? ॥ ৪ ॥

অথুপ্পা বা

। । অর্জ্জুনা ভগবানগী মপোক হংলিবসি হকচাংবু লৌদূনা কংবমি, আম্বাবু লৌদূনা হংবা নত্তে, মরমদি আম্বাদি পোকপা শিবা নাইদে হায়বসি ভগবান্না তাক্লুনা অহানবদা অর্জ্জুনা খঙুত্রে। মরম অসিনা মানা হংলিবসিগী অথপ্পা বাদি অসিনি—নহাক্না ( ভগবান্না ) সৃষ্টি হৌবা মতমদা আদিত্যবু জ্ঞানযোগগী উপদেশ পীখিবহ্ অতোপ্পা হকচাং অমা লৌরগা পীখিবরা? নত্রগা হৌজিক লৌরিবা হকচাংসিদা লৈরুনা মাবু উপদেশ পীখিবরা? অহানবগী রাকমসিদি লৌবা যাদে মরমদি অতোপ্পা মপোক্তা ওইখিবা অমস্তুং থোকখিবা থোদোক মপোক অসিদা কনা অমত্ত নীংশিংবা উমদে। অদুগা অনীশুবা রাকম অসিস্তু চুমদে মরমদি হৌজিক লৌরিবা নহাক্কী ( শ্রীকৃষ্ণগী ) হকচাং অসি সৃষ্টিগী অহৌবা মতমদা লৈরমদে। মরম অসিনা নহাক্না আদিত্যবু সৃষ্টি হৌবা মতমদা জ্ঞানযোগগী উপদেশ পীখি হায়বসি ঐনা ( অর্জ্জুনা ) করম্না খঙবা ঙমগনি? মসি ওইথোক্তবনি ॥ ৪ ॥

অচম্বা অমস্তুং অপঙবা মীশিংনা ঐগী ( ভগবানগী ) উরিবা হকচাং অসিবু মথোয়গী হকচা শিংগী মতোঙুম খন্দুনা অদুম্না হায়রিবনি, ঐগী হকচাং অসিদি মথোয়গী হকচা গুম্বা নত্তে হায়রসিদি ভক্ত ওইবা জ্ঞানীশিংদনা খঙলিবনি। মরম অসিনা ঐনা হায়বা রা পুম্নমক প্রমাণতনি খঙউ, অদুগা ঐ সাক্ষাৎ পরমাত্মা ওইবা মরমদগী মতম অচুম্মক্তা ওইবা রা অমস্তুং থোদোক পুম্নমক খঙই হায়বসি তাক্লুনা ভগবান্না অর্জ্জুনবু মানা চিংনখিবগী অহানবা রাকম লৌদূনা অস্মুম্না হায়রি—

শ্রীভগবানুবাচ

**বহূনি মে ব্যতীতানি জন্মানি তব চার্জ্জুন।**
**তান্যহং বেদ সর্ব্বাণি ন ত্বং বেত্থ পরন্তপ ॥ ৫ ॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা :—** শ্রীভগবান উবাচ—শ্রীভগবান্না হায়বিখি ( পাউথুম পীবিখি ), অর্জ্জুন—হৈ অর্জ্জুন ! মে—ঐগী (ভগবানগী), বহূনি জন্মানি—অবতারগী মশক ওইবা মপোক কয়ামুক, ব্যতীতানি—ওইত্রে, তব চ—অদুগা নহাক্কীস্তু, বহূনি জন্মানি ব্যতীতানি—অজ্ঞানী ওইবা মরমদগী কর্ম্মবা

কংবা' মপোক কয়ামুক ওইখ্রে (মতৌ অসুম্না জীব পুম্নমক্তীসু মপোক কয়া হৌখ্রে), তানি সর্ব্বাণি=মপোক পুম্নমক অদুবু (ঐগী, নঙগী অমসুং জীব পুম্নমক্কী মপোক পুম্নমক অদুবু) অহং বেদ=সর্ব্বজ্ঞ (পুম্নমক খঙবা) অমসুং সর্ব্বশক্তিমান (পুম্নমক তৌবা ঙম্বা) ঈশ্বর ওইবা ঐনা খঙই। অদুবু পরন্তপ=য়েক্লবশিংবু রাহনবা হে অর্জুন। ত্বং ন বেত্থ—নঙনদি অজ্ঞানী জীব ওইবা মরমদগী মদু পুম্নমকপু খঙবা ঙমদে ॥ ৫ ॥

**অপুনবা অর্থঃ**— হে অর্জুন। ঐগী অবতার ওইবা মপোক কয়ামুক ওইখ্রে অদুগা নঙগীসু কর্ম্মনা মরম ওইদুনা কংবা মপোক কয়ামুক হৌখ্রে। য়েক্লবশি বু রাহনবা হে অর্জুন। নঙগী অমসুং ঐগী মপোক পুম্নমক অদুবু সর্ব্বজ্ঞ ঈশ্বর ওইবা মরমদগী ঐনা খঙই অদুগা নংনদি অজ্ঞানী জীব ওইবা মরম্না মদু পুম্নমকপু খঙদে। ৫।

মসিদা অতোপ্পা মী পুম্নমকপুসু "ভগবান শ্রীকৃষ্ণ সাক্ষাৎ পরমাত্মানি হায়বসিদা চিংনবা পুম্নমক কোকহনগে নীংদুনা অর্জুনা অসুম্না হায—নহাক্না (কৃষ্ণনা) নহাক্কী হৌখিবা মপোক কয়ামুকপু মপোক অসিদা নী শিংই হায়রি মদুদি জাতিস্মর ওইবা (হৌখিবা মপোকপু নীংশিংবা ঙম্বা) জীবগীসু ওইবা য়াই, ঈশ্বর ওইরবতদা মদু ওইগনি হায়বা নিয়ম লৈতে। অদুগা অতোপ্পনী মপোকপুসু য়োগীশিংনা খঙই অদুবু মখোয় ঈশ্বর নত্তে। বামদেবনসু য়োগী অমসুং জাতিস্মর ওইবা মরমদগী অসুম্না হায়খি—"অহং মনুরভবং সূর্য্যশ্চাহং কক্ষীবানৃষিরস্মি বিপ্র। (ঋগ্বেদ ৪। ২৬। ১) "ঐ মনু ওইরম্মি, ঐ নুমিৎসুনি অদুগা লৌশিং শিংবা কক্ষীবান ঋষিসু ঐনি।" মরম অসিনা নহাক (কৃষ্ণ নহাক) সর্ব্বজ্ঞ ঈশ্বরনি হায়বা অসিবু মীনা করম্না খঙগনি অমসুং থাজগনি? মসিদ নত্তনা "কর্ম্মণা জায়তে জন্তুর্বিদ্যয়া চ প্রমুচ্যতে।" (মহাভারত শা প ২৪১। ৭)—"কর্ম্মনা মরম ওইদুনা জীব পোকই অদুগা জ্ঞাননা মরম ওইদুনা মুক্ত ওই হায়বা অসিগী মতু ইন্না পাপ পুণ্যগী মশক ওইবা কর্ম্ম লৈরবতদা পোকপা-শিবা নাইগদবনি। ঈশ্বরগী পাপ পুণ্য অমত্ত লৈতবদগী করম্না পোকপা শিবা নাইগনি? মরম অসিনা নহাক্তি পোকপা-শিবা নাইবদগী ঈশ্বর ওইবা য়াদে। মতৌ অসুম্না চিংনেরবদা ভগবান্না, "ঐগী পোকপা শিবা নাইবগুম উরিবসি মায়ানা মরম ওইদুনা উবগুম তৌবতনি, কর্ম্মগী মথা পোন্দুনা জীবগুম্না পোকপা-শিবা নত্তে" তাক্লুনা অর্জুনবু হায়রি—

অজোঽপি সন্নব্যয়াত্মা ভূতানামীশ্বরোঽপি সন্।
প্রকৃতিং স্বামধিষ্ঠায় সম্ভবাম্যাত্মমায়য়া ॥ ৬ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যাঃ**— অজ সন অপি=জীবগী মতৌগুম্না পাপ-পুণ্য কর্ম্মগী মথা পোন্দুনা পোকপা লৈত্রবসু, অব্যয়াত্মা (সন্ অপি)—জীবগী মতৌগুম্না কর্ম্মনা মরম ওইদুনা মাঙবা (শিবা) নাইত্রবসু ভূতানাং—ব্রহ্মাদগী হৌদুনা ভূমীৎ-কাঙ ফাওবা থরায়পাবরা পুম্নমক্কী, ঈশ্বরঃ সন অপি—ভাক্পি শেল্লমিন্নুনা লৈবা মপু ওইরবসু, স্বাং প্রকৃতি=ঐগী সত্ত্ব, রজ তমঃগুণ অহুমগী মশক ওইবা

অমস্তু, জগৎ পুম্নমক্কী কারণ ( মরম ) ওইবী প্রকৃতিবু অধিষ্ঠায়—ঈখা পোলহন্দুনা থম্নগা, আত্মমায়য়া=ওইথোক্কবা পোৎপুম্নু ওইথোকহনবা ঙম্বী ঐগী মায়ানা মরম ওইদুনা, সম্ভবামি—ঐ পোকপগুম অমস্তু, হকচাং লৈবগুম ওই ॥ ৬ ॥

**অপুনবা অর্থ ।**— জীবগী মতৌগুম্না কর্ম্মগী মখা পোন্দুনা পোকপা অমস্তু, শিবা লৈতবা ওইরবস্তু থরাযপানবা পুম্নমকপু ঙাকপি শেনবিদুনা লৈবা মপু ওইরবস্তু ঐগী সত্ত্ব, রজ তম গুণ অহুমগী মশক ওইবী প্রকৃতিবু ঈখা পোলহন্দুনা থম্নগা ওইথোক্কবা পোৎপুম্নু ওইথোকহনবা ঙম্বী ঐগী মাযানা মরম ওইদুনা ঐ পোকপগুম অমস্তু, হকচাং লৈবগুম ওই ॥ ৬ ॥

অথপ্পা বা

শ্লোক অসিদা শ্রীভগবান্না অবতারগী মরমদা যাম্না থপ্পা বা তাক্লি। "সর্ব্বং খল্বিদং ব্রহ্ম (ছা উ ৩।৪।১)— "লেঙনি পাল্লিবা তাইবংপানবা পুম্নমক অসি লেপ্পমক ব্রহ্মনি" "নেহ নানাস্তি কিঞ্চন (বৃ উ ৪।৪।১৯)— "ব্রহ্মসিদা মখল মখা অয়াম্বা করিগুম্বা পোৎ অমত্ত লৈতে অসিনচিংবা শ্রুতিশিংনা তাকপগী মতুং ইন্না সংসার অসিদা সচ্চিদানন্দ পরমব্রহ্ম নত্তবা পোৎ অমত্ত লৈত্রবস্তু জগৎ, জীব ঈশ্বরনচি বা খাযরিবসি সূপ্না ব্রহ্মগী শক্তি ওইবী মাযাদগীনি। মায়া অসিদগী অচেতন জগৎ অসি পোক্লকপনি অমস্তু, ময়াম ওইনা উরিবনি। মহুদা মায়াগী কার্য্য (থবক) ওইনা পোক্লপা অন্ত করণশিংবু উপাধি ওইনা লৌদুনা লৈবা ব্রহ্মমক জীবনি। "অনেন জীবেনাত্মনাঽনুপ্রবিশ্য নামরূপে ব্যাকরবাণি" (ছা উ ৬।৩।২) "জীবাত্মাসিগী মশক লৌদুনা ঐনা শেম্লিবা হকচাংশিংসিদা চঙলগা নাম (মিং) অমস্তু, রূপ (মওং মশক) ফোঙদোক্কে" অস্মুম্না সংকল্প তৌদুনা ব্রহ্মমক জীব ওইরিবনি, অদুগা কারণ মায়াবু উপাধি ওইনা লৌদুনা লৈবা ব্রহ্ম ঈশ্বরনি। মহাক সর্ব্বজ্ঞ, সর্ব্বশক্তিমান্নি অমস্তু, জগৎপু শেম্বি য়োকপিবা মপুনি। "যঃ সর্ব্বজ্ঞঃ সর্ব্ববিদ্ যস্য জ্ঞানময়ং তপ তস্মাদেতদ্ব্রহ্ম নাম রূপমন্নং চ জাযতে" (মু উ ১।১।৯) —"পোৎ পুম্নমকপু খঙবা অমস্তু, পোৎ খুদিংমকপু হঙবা পরমেশ্বরনি সৃষ্টি তৌনবা মাগী তপতি সূপ্না জ্ঞানগী মশক ওইবা সংকল্পনি। মঙেন্দগী নাম রূপ অমস্তু, পৃথিবীনচিংবা উরিবা ব্রহ্মসি পোকই।" মতৌ অস্মুম্না উপাধি খেন্নবদগী জীব অমস্তু, ঈশ্বর খাযবনি, উপাধি লৌথোক্লবদি অনীমক খেন্নদনা অশেংবা ব্রহ্মগী মশক ওইনা লৈ। মসিবু শ্রুতিনস্তু অস্মুম্না তাক্লি— "কার্য্যোপাধিরয়ং জীবঃ কারণোপাধিরীশ্বর। কার্য্যকারণতাং হিত্বা পুর্ণবোধোঽবশিষ্যতে। (শুক উ ২/১২) "কার্য্য (অন্ত করণ) উপাধি ওইবা জীব অসিনি অদুগা কারণ (মাযা উপাধি ওইবা ঈশ্বরনি কার্য্য অমস্তু, কারণ উপাধিবু থাদোক্লগা পুর্ণবোধ (জ্ঞান) গী মশক ওইবা ব্রহ্মমক্তা লেমহৌই।" জীব অমস্তু, ঈশ্বরগী স্বরূপনচি বগী মরমদা "জ্ঞানগী লম্বী" কৌবা লাইরিক্তা নীংথিনা বিচার তৌগ্রে। নীংথিনা খঙনীংবা মীনা মতুদা য়েংথিবু। হৌজিক্তি

মায়গী উপাধি ওইনা লোদুনা লৈবা ঈশ্বরনা কয়মা অবতার লৌই অমসুং মাগী উরিবা হকচাং অহ্ করিনো হায়বসিগী মরমদা খরদ বিচার তৌহনা খঙসি।

মসিবু নীংথিনা খঙনবগীদমক ঐখোয়না পরমাত্মাগী মশক অসিবু নিগুণ নিরাকার, সগুণ নিরাকার অমসুং সগুণ সাকার হায়না মখল অহুমথোক্না খায়দোকসি। অহুম অসিগী মনুংদা নিগুণ নিরাকার (গুণ অমসুং মওঙ লৈতবা) অসি অশেংবা সচ্চিদানন্দ ব্রহ্মগী মশক্তি, সগুণ নিরাকার (গুণাদি লৈবা মওঙনা লৈতবা) অসি সর্ব্বজ্ঞ (পুম্নমক খঙবা) অমসুং সর্ব্বশক্তিমান (পুম্নমক তৌবা ঙম্বা) ঈশ্বরগী মশক্তি অহুগা মতোন্দা গুণ অমসুং শক্তি লাক্লিববসি মায়া ওইবা উপাধিদগীনি। শ্রুতিনসু ঈশ্বরগী মশকপু অসুম্না হায়রি— "ব্রহ্মৈব স্বশক্তিং প্রকৃত্যভিধামাশ্রিত্য লোকান্ সৃষ্ট্বা প্রবিশ্যান্তর্যামিত্বেন ব্রহ্মাদীনাং বুদ্ধীন্দ্রিয়নিয়ন্তৃত্বাদীশ্বরং" (নিরালম্বোপনিষৎ) —"ব্রহ্মমক প্রকৃতি হায়না কৌবা মশাগী শক্তিবু পাম্বে ওইনা লৌরগা সংসার পুম্নমকপু শেমদুনা অন্তর্যামী ওইনা মহুগী মনুংদা চঙহনা লৈরগা চতুর্মুখ ব্রহ্মানচিংবা জীব পুম্নমক্কী বুদ্ধি ইন্দ্রিয়নচিংবা পুম্নমক্কী মপু ওইহনা ঈশ্বর ওই।" মরম অসিদগী শ্লোক সিদসু ভগবান্না "প্রকৃতিং স্বামধিষ্ঠায" হায়রিবনি। অহুগা সগুণ সাকার (গুণ অমসুং মওঙ লৈবা) অসি অবতার লোদুনা লৈবা শ্রীভগবান কৃষ্ণনচিংবগী মশক্তি। ঈশ্বরনা মাগী মখা পোন্না লৈবা অমসুং য়াথং ইনবা মংয়াগী মতেং লোদুনা অবতার লৌবনি। অবতার লোদুনা লৈরিবা পরমাত্মাগী হকচাং অহ্ ঐখোয় জীবশিংগী হকচাংশিংগী মতৌগুম্না পঞ্চভূতনা (পৃথিবী, ঈশিং নচিংবনা) শাবা নত্তে সুপ্না মায়ানা মরম ওইহনা ঐখোয়গী হকচাংশিংগুম্না উবদনি। মরম অসিনা মফম অসিদা ভগবান্না "আত্মমাযযা" হায়বনি। সনৎকুমারনসু শ্রীভগবান কৃষ্ণগী স্তুতি তৌবা মতমদা মাবু (কৃষ্ণবু) অসুম্না হায়রি—

> রক্তবিন্দুদ্ভবা দেহাস্তে চ প্রাকৃতিকাঃ স্মৃতাঃ।
> কথং প্রকৃতিনাথস্য বীজস্য প্রাকৃতং বপু ॥ ২৫॥
> সর্ব্ববীজস্য সর্ব্বাদির্ভবাংশ্চ ভগবান্ স্বযম্।
> সর্ব্বেষামবতারাণাং প্রধানং বীজমব্যযম্ ॥ ২৬ ॥
> মাযযা সগুণশ্চৈব মাযেশং নির্গুণং পরম্।
> প্রবদন্তি চ বেদাঙ্গাস্তথা বেদবিদঃ প্রভো ॥ ২৮ ॥

(ব্রহ্মবৈ পুঃ কৃষ্ণজন্ম খণ্ড অ ৮৭)

"থরায় শনবা পুম্নমক্কী হকচাংশিংসি ঈগী মরীকশিংদগী পোকপনি, অহুগা মখোয় অহুদি প্রকৃতিগী থবক্তি (পৃথিবীনচিংবা ভূত মঙাদগী পোকপা ভৌতিক হকচাংশিংনি), মরম অসিনা

সংসার পুম্নমক্কী মরূ ওইবা অমস্তু, প্রকৃতিগী মপু ওইবা মহাক্কী হকচাং অসি ভৌতিক কম্নরা ওইগনি ? সংসার শেম্নবা মরূ পুম্নমক্কী মনুংদা খায়দগী অহানবা ( মকোক ওইবা ) ইবুংঙো মহাক অসিদি নশামক সাক্ষাৎ ভগবান্নি অহুগা অবতার পুম্নমক্কী মনুংদা খায়দগী অথোইবা অমস্তুং অমাঙ-অতা লৈতবা মরূনি। মহাক্কি মায়াগী মপু নিগুণ ( গুণ লৈতবা ) পরব্রহ্মনি, অহুবু মায়াহুনা মরম ওইহুনা সগুণ ( গুণ লৈবা ) ওই হায়না বেদ, নিরুক্তনচিংবা বেদাঙ্গ অমস্তুং বেদ খণ্ডবা মহর্ষিশিংনা তশেং তশেংনা তাক্লি।"

মসিদা সনৎকুমারনা বেদনচিংবনা তাক্লি হায়বসিগী খূদমশিংদি অসিনি—

প্রজাপতিশ্চরতি গর্ভে অন্তরজায়মানো বহুধা বিজায়তে।
তস্য যোনিং পরিপশ্যন্তি ধীরাস্তস্মিন্ হ তস্থুর্ভুবনানি বিশ্বা।
( বা যজু সং ৩১। ১৯ )

"প্রজাপতি = প্রজা পূম্নমকপু ( থরায় পানবা পুম্নমকপু ) ঙাকপি শেনবিদুনা, য়োকপি থাকপিবা পরমাত্মা, গর্ভে অন্ত চরতি = গর্ভগী মনুংদস্থ চঙই অজায়মান = হৌনশা ওইনা পোকপা নাইদ্রবস্থু, বহুধা বিজায়তে — মায়ানা মরম ওইহুনা মখল মখা অয়াম্বা মওঙদা পোকই, তস্য, যোনিং = পরমাত্মা অহুগী মরূ ওইবা মফম অহুবু ( অশেংবা শকক্ম অহুবু ), ধীরা পরি-পশ্যন্তি = রাখল লৈবা জ্ঞানীশিংনা নীংথিনা য়েংই ( খঙই ), তস্মিন হ — লেপ্পমক পরমাত্মা অহুদা, বিশ্বা ভুবনানি তস্থু = অচৎ চত্তা তাইবংপান পুম্নমকসি লৈরিবনি।"

রূপং রূপং প্রতিরূপো বভূব তদস্য রূপং প্রতিচক্ষণায়।
ইন্দ্রো মায়াভি পুরুরূপ ঈয়তে যুক্তা হ্যস্য হরয়ঃ শতা দশ।
( ঋগ্বেদ ৬। ৪৭। ১৮ )—

"ইন্দ্র = মুমিং থানচিংবা পুম্নমকপু মশা মশাগী থবক নিয়ম কায়দনা তৌহনবা পরমাত্মা, মায়াভি — মশাগী ক্রিয়াশক্তি, জ্ঞান শক্তিনচিংবগী মশক ওইবা মায়াশিংনা, পুরুরূপ ঈয়তে — মখল-মখা অয়াম্বা দেবতানচিংবগী মওঙ ওই, অস্য তং রূপং = মহাক্কী রূপ অহুবু প্রতিচক্ষণায় = ভক্তশিংদা ফাওহনগে হায়বগীদমক, রূপ রূপং — ভক্তশিংনা পাম্বা মওঙ মওঙগী মতুং ইম্না, প্রতিরূপ বভূব — মহুগা মান্নবা মওঙ ওইখি, হি = লেপ্পমক অশু হারয় — মাগী ফোঙদোক্লিবা মওঙ ( মঙাল ) শিং অহু, শতাযুক্তা = চাম চামনা তিল্লী, দশ — অমস্তুং অথোইবা তরানি।"

"দ্বাবেব ব্রহ্মণোরূপে মূর্ত্তঞ্চা মূর্ত্তঞ্চেতি" ( বৃ উ ২। ৬। ১ ) — "পরব্রহ্মগী ফোঙদোক্লবা অমস্তুং ফোঙদোক্তবা মওঙ অনী লৈ।"

মহর্ষি যাস্কাচার্য্যনা নিরুক্তদস্থ অস্ময়া ইরি— "মহাভাগ্যাদ্দেবতায়া এক আত্মা বহুধা স্তুয়তে; একস্যাত্মানোঽন্যে দেবাঃ প্রত্যঙ্গানি ভবন্তি" ( নি দৈবতকা ৭। ১। ১৫ ) "দেবতাগী

য়াম্না ঐশ্বর্য্য লৈবা মরয়া আত্মা অমত্তগী মথল মখা য়াম্না স্তুতি তৌই অহ্নগা অমত্ত ওইবা আত্মাগী অতোপ অতোপ্পা দেবতাশিং অঙ্গ প্রত্যঙ্গ ওই।"

মরম অসিনা বেদনা হায়রি — "একং সদ বিপ্রা বহুধা বদন্তি" (ঋগ বেদ ২।৩।২২।৬) —"অমত্ত ওইবা পরমাত্মাবু লৌশিং শিংবা ঋষিশিংনা ময়াম ওই হায়।"

মতৌ অসুম্না অমত্ত ওইবা পরমাত্মানা ময়াম ওইনা ফোঙদোক্লবী মরম প্রকৃতি অমসুং মায়া অহ্ন করিনো হায়বসিবুসু অসুম্না হায়রি—

প্রকৃষ্টবাচক প্রশ্চ কৃতিশ্চ সৃষ্টিবাচনঃ।
সৃষ্টৌ প্রকৃষ্টা যা দেবী প্রকৃতিং সা প্রকীর্তিতা॥
ত্রিগুণাত্মস্বরূপা যা শর্ব্বশক্তি সমন্বিতা।
প্রধানা সৃষ্টি করণে প্রকৃতিস্তেন কথ্যতে॥
(ব্রহ্মবৈ প্রকৃতি খ ১/৪ ৬ — দেবী ভা ৯/১/৫, ৭)

"'প্রকৃতি" হায়বা বাহৈ অসিদা "প্র" গী অর্থ অথোইবনি অহ্নগা 'কৃতি গী অর্থ সৃষ্টিনি, মরম অসিনা সৃষ্টিদা পরমাত্মাগী অথোইবা মতেং পাংবী দেবীবু প্রকৃতি কৌই। সত্ত্ব, রজ, তম গুণ অহুমগী মশক ওইবী শক্তি পূম্নমক্কসু তিনবী অমসুং সৃষ্টি তৌবদা মকোক ওইবী দেবী ওইবা মরমদগী মাবু "প্রকৃতি" অসুম্না হায়বনি।"

মায়াগী মরমদসু অসুম্না হায়রি—

মাশ্চ মোহার্থবচনো যাশ্চ প্রাপণবাচক।
তৎ প্রাপযতি যা নিত্যং সা মাযা প্রকীর্ত্তিতা॥
(ব্রহ্মবৈং কৃষ্ণজন্ম খ ২১/৭)

"'মায়া' হায়বা বাহৈ অসিদা 'মা' গী অর্থ মোহনি (শুমহৎপনি অহ্নগা 'যা' গী অর্থ ফংহনবনি, মতৌ অসুম্না মোহ ফংহনবা মরমদগী মাবু (প্রকৃতিবু) মায়া কৌই।"

বিচিত্রকার্য্যকারণা অচিন্তিতফলপ্রদা।
স্বপ্নেন্দ্রজালবল্লোকে মাযা তেন প্রকীর্ত্তিতা॥
(দেবী পু ৪৫/৩)

"অঙকপগী মশক ওইবা থবকশিংগী কারণ (মরম) ওইবী, খল্লোকপা ওমদবা মহৈ পীবিবী শক্তিবু মায়া কৌই। মসি সংসারদা মও অমসুং মিত্রংগুম্বা অমনি।"

মঙদা ফংবা অমসুং উব্বিবা হকচাংশিং অহ্ন ভৌতিক নত্তে, মতম অহুমক্তদা অজ্ঞান (মায়ানা) শেমদোকপনি অমঙুং মাম্নিক্লি; অহুমক ওইহনসু মহদগী জীবনা মঙদা 'অরা-নুংঙাইবনচিংবা ফংই, অহ্নগা মিত্রংদা হৈনৌ পাম্বী, হৈনৌনচিংবা উব্বিবা অহুক্ত মাম্নিক্লি, ভৌতিক নত্তে। মতৌ

অদুগুম্না অবতারগী হকচাংসু মায়িক্লি, মদু প্রকৃতিগী থবক ওইবা ভৌতিক নত্তে। প্রকৃতি অমসুং মাযাদা "মাযান্তু প্রকৃতিং বিদ্যান্মাযিনন্তু মহেশ্বরম্" (শ্বেত উ ৪।১ ) শ্রুতি অসিগী মতুংইন্না মশক খেন্নত্রবসু অবতার লৌবা মতমদা থবক শরা খেন্নবদগী "প্রকৃতিং স্বামধিষ্ঠায সম্ভবাম্যাত্ম-মাযযা" অসুম্না ভগবান্না অনীথোক্লা হাযবনি। মসিদগীসু ঐথোয়না ভগবানগী হকচাং অদু প্রকৃতিগী থবক ভৌতিক নত্তে, মাযিক্লি হাযবসি খঙবা উম্মী। মিত্রং তৌবা মীনা মাযাবু মাগী মখা পোন্না থম্লগা ওইথোক্লবা পোং উত্তূনা অতোপ্পশিংবু যেংহনবগুম্না পরমাত্মানসু মাগী মখা পোন্দুনা লৈবি অমসুং যাথং ঙাকপী মাযানা মবম ওইহনা ভৌতিক ওইবা হকচাংগুম্বা মাযিক হকচাং উংঅনি। মাযা পরমাত্মাগী মখা পোন্দুনা যাথং ঙাক্লনা লৈ হাযবা অসিবুসু শ্রুতিনা অসুম্না তাক্লি— "ঈশ্বরস্য মহামাযা তদাজ্ঞাবশবর্ত্তিনী" (ত্রিপাদ মহা উ ৪।১)— "ঈশ্বরগী মহামাযা মাগী যাথংগী মতুংইন্না মখা পোন্দুনা লৈ।"

মসিদ নত্তনা পরমাত্মাগী অবতারদা লৌরিবা (ওইরিবা) হকচাং অসি ভৌতিক নত্তে হায়বসিদা অতোপ্পা যুক্তি অমসু লৈ। পাপ পূণ্য কর্ম্মগী মতু ইন্না অরানুংঙাই ফংনবগীদমক জীবনা ভৌতিক হকচাং লৌবনি। মরম অসিনা শাস্ত্রকারশিংনা "ভোগাযতনং শরীরম্" "কর্ম্মগী মতুং ইন্না অরানুংঙাই ফংনবা মফম হকচাং কৌই" হাযনা তাকই। মসিগী মরমদা রাজা জনমেজযবু ভগবান ব্যাসনসু অসুম্না হাযরি—

> কর্ম্মণৈব সমুৎপত্তি সর্ব্বেষাং নাত্র সংশয় ।
> অনাদিনিধনা জীবা কর্ম্মবীজসমুদ্ভবা ॥
> নানাযোনিষু জাযন্তে ম্রিযন্তে চ পুনঃ পুনঃ।
> কর্ম্মণাবহিতো দেহসংযোগো ন কদাচন।
>
> (দেবী ভা ৪।২।৪৫)

"থরায পানবশিংগী মপোক অসি কর্ম্মনা মরম ওই হাযবসিদা করিমত্ত চিংনফম লৈতে। অহৌবা অরোইবা লৈতবা জীবশিং কর্ম্ম ওইবা মকশি দগী পোক্লকপনি মতৌ অসুম্না মখোয মখল মখা অযাম্বা যোনিশিংদা হন্না হন্না পোকই অমসুং (হন্না হন্না) শিহনা লৈ। কর্ম্ম লৈতনা কদৌঙৈদসু হকচা গা লোযননা মরী লৈনবা যাদে।

''অসিগুম্বা জীবশিং অসিদি কর্ম্মনা মরম ওইহনা ভৌতিক ওইবা হকচাং ফংলগা মাযানা শুমহত্তুনা মাগী (মাযাগী) মখা পোন্দুনা লৈরিবনি, ঈশ্বরগীদি পাপ পুণ্য লৈতে, মাবু মাযানসু শুমহৎপা ঙমদে মাযা অসিদি মাগী মখা পোন্দুনা লৈরিবনি। মরম অসিনা পরমাত্মাগী অবতারদা লৌবা হকচাং করম্না ভৌতিক ওইবা যাগনি? হায়রিবা রা অসি অবতার পুম্নমক্তা ওইনা হায়বা রা নি। অর্জুনবু গীতাগী উপদেশ পীরিবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণ অসিদি সাক্ষাৎ পরমেশ্বরগী

পূর্ণ অবতারনি। মসিমু শ্রীমদ্ভাগবত মহাপুরাণদা অস্তুম্না হায়রি—"এতে চাংশকলাঃ পুংসঃ কৃষ্ণস্তু ভগবান্ স্বয়ম্॥ (ভা ১।৪।২৮) "অতোপ্পা অবতারশিংদি পরমেশ্বরগী অংশ ওইবা কলাশিংনি শ্রীকৃষ্ণদি কলা ১৬ না তিনবা পরমেশ্বর ভগবান মশামক্নি।" অসিগুম্বা ফীবম অসিদা শ্রীকৃষ্ণগী হকচাং অহৃবু ভৌতিকনি মায়িক নত্তে হায়বসি করম্না য়াফম থোকনি? অন্নপ্রাশন অমস্তুং নামকরণগী সংস্কারগী মতমদস্তু গর্গ মহর্ষিনা নন্দ বাবাগী মফমদা অস্তুম্না হায়রি—

পূর্ণব্রহ্ম স্বরূপোঽযং শিশুস্তে মাযয়া মহিম্।
আগত্য ভাবহবণং কর্ত্তা ধাত্রা চ সেবিতঃ॥

সর্ব্বেষাং তেজসাং রাশির্মূর্ত্তিমানাগতো বিভুঃ।
স বসুং দর্শযিত্বা চ শিশুরূপো বভূব হ॥

সাম্প্রতং সূতিকাগারাদাজগাম তবালযম্।
অযোনিসম্ভবশ্চাযমাবির্ভূতো মহীতলে॥

বায়ুপূর্ণং মাতুগর্ভং কৃত্বা চ মায়য়া হরিঃ।
আবির্ভূয় বসু মূর্ত্তিং দর্শযিত্বা জগাম হ॥

(ব্রহ্মবৈ কৃষ্ণজন্ম খ ৩।৪৮, ৫১, ৫২, ৫৩)

"হে নন্দ। নহাক্কী নচা অঙাং অসি সাক্ষাৎ পূর্ণ পরমব্রহ্মমকনি, চতুর্মুখ ব্রহ্মানা হায়জবদগী মায়ানা মরম ওইদুনা পৃথিবী অসিদা লাকলগা পৃথিবীগী অরূম্বা কোকহনবীবা মপুনি। মফম পূম্নমক্তা শীন্ন-থুংনা লৈবা মঙাল (চেতন) পূম্নমক্কী মপৈ অহৃ মূর্ত্তিমান (মওং লৈবা) ওইনা লাকপনি। মহাক বসুদেববু মশাগী অশেংবা মশক য়েংহল্লগা অচম্বা অঙাংগী মওং ওইখিবনি। হৌজিক অঙাং পোক্লবা মফম অহৃদগী নঙগী য়ুমসিদা মহাক লাকপনি। মহাক মমাগী গর্ভদগী (ঈশিং থোঙদগী) পোকপা নত্তে, সূপ্না আবির্ভাব ওইদুনা পৃথিবী অসিদা লাকপনি। ভগবান হরি অসিনা মমাগী গর্ভবু মায়াদগী নুংশিংনা থলহল্লগা (পুক কংহল্লগা) গর্ভ লৈ হায়না উহনবদনি, মানা মশামক ফোঙদোক্লুনা মাগী মূর্ত্তিদু বসুদেববু য়েংহল্লগা চংখিবনি।"

শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণদসু মসিগী মরমদা অস্তুম্না হায়রি—পিত্রোঃ সম্পশ্যতোঃ সদ্যো বভূব প্রাকৃতঃ শিশু। (ভা ১০।৩।৪৪)—"মপা মমা ওইবা বসুদেব অমসুং দেবকীবু মাগী চতুর্ভুজ মূর্ত্তি য়েংহল্লগা, মখোয় অনীনা য়েংনা য়েংনা মহাক অচম্বা অঙাংগী মওং ওইরে।"

মরম অসিনা ভগবানগী হকচাং অহৃবু অচম্বা মীগী মতৌগুম্না ভৌতিকনি খনবা মীশিংগী মরমদা নিন্দা তৌদুনা ধর্ম্মশাস্ত্রকারশিংনা অস্তুম্না হায়রি—

ন ভুতস-ঘস-স্থানো দেবস্য পরমাত্মনং।
যো বেত্তি ভৌতিকদেহং কৃষ্ণস্য পরমাত্মন ॥
স সর্ব্বস্মাৎ বহিস্কার্য্য শ্রৌতস্মার্ত্তবিধানত ।
মুখং তস্যাবলোক্যাপি সচৈলং স্নানমাচরেৎ ॥

"শ্রীপরমাত্মাগী হকচাং পৃথিবীনচিংবা ভূত মঙানা তিন্দুনা শাবা নত্তে। পরমাত্মা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংবু ভৌতিক্কি খঙবা ( নীংবা ) মী অদুবু শ্রুতি অমসুং স্মৃতিগী বিধানগী মতু ইন্না বহিস্কার তৌগদবনি ( সমাজদগী তাম্থোক্কদবনি ) অদুগা মাগী মায উবা ফাওবদসু শেংনিবা ফি-শিং অদুগা লোযননা ঈরুজগদবনি ॥

মতৌ অসুম্না ভগবানগী হকচা অসি মাযিকনি ভৌতিক নত্তে হায়বসি ঐখোযনা খঙলে। হৌজিক্কি অবতার করিনো হায়বা অসি খঙসি। অয়াম্বা মীনা কবিগুম্বা মফম অমদগী ভগবাননা কুমথদুনা লাকপবু অবতারনি হায়না খঙনৈ। অদুবু বিচার তৌরুনা যে লবদি— অবতরতীতি অবতার — কুমথদুনা লাকপবু অবতারনি হায়বসি চুমদে। ভগবানদি মফম পুম্নমক্তা মীন্ন থুংনা লৈরিবনি মানা কুমথনবা আতোপ্পা মফম অমা লৈত্তে। ফীবম অসিদা কুমথরুনা লাকপবু অবতার কৌই -াযবসি যুক্তি হুক্ত ওইদে। গোলোক কৌবা ধামদা চতুর্ভজ ( মখুৎ মরি পানবা ) ভগবান বিষ্ণু লৈ মফমদগী কুমথরকুনা ভগবান বিষ্ণুনা অবতার লৌবনি হায়বসিসু চুমদে। মরমদি চতুর্ভুজ ভগবান বিষ্ণু মশামকসু অবতার অমনি অদুগা বিষ্ণুগী অর্থসু শিনবা থুংনা লৈবনি। মসিগী মরমদসু ব্রহ্মানা অসুম্না হায়রি—

বি ষশ্চ ব্যাপ্তিবচনো ণুশ্চ সর্ব্বত্র বাচক ।
সর্ব্বব্যাপী চ সর্ব্বাত্মা তেন বিষ্ণু প্রকীর্ত্তিতং ॥
( ব্রহ্মবৈ ব্রহ্ম খ ১৭।১৬ )

" বি অমসুং ষ অনী অসিগী অর্থ "শীন্ন থুংনা লৈবা" হায়বনি অদুগা ণ গী অর্থ "মফম পুম্নমক্তা" হায়বনি। মতৌ অসুম্না শীন্ন থুংনা লৈবা অমসুং পুম্নমক ওইবা মরম্না পরমাত্মাবু বিষ্ণু হায়না কৌই।"

অসিগুম্বা পরমাত্মা অদু কৃষ্ণমক্কি অমসুং মাগী অবতার চতুর্ভুজ বিষ্ণুনি হায়বসিবুসু অসুম্না তাক্লি—

কৃষিশ্চ সর্ব্ববচনো নকারশ্চাত্মবাচকং।
সর্ব্বাত্মা চ পরংব্রহ্ম তেন কৃষ্ণঃ প্রকীর্ত্তিতং ॥
স একাংশেন্ ভগবান্ বৈকুণ্ঠে চ চতুর্ভুজ ॥
স এব কলয়া বিষ্ণুঃ পাতাচ জগতাং প্রভুঃ ॥
( ব্রহ্মবৈ পু হরিবংশ খণ্ড ২৮।৬৬, ৬৮, ৬৯ )

"'কৃষ্ণ' হায়বা ৱাহৈ অসিদা 'কৃষ' গী অর্থ 'পুন্নমক' নি 'ন' গী অর্থ 'স্বরূপ (মওঙ)' নি অদুগা পুন্নমক্কী মওঙ (সর্ব্বাত্মক) ওইবদি পরব্রহ্মনি মরম অসিনা পরব্রহ্মবু কৃষ্ণ কৌই। অসিগুম্না কৃষ্ণ ভগবান অদু অংশ (মচেৎ) অমা ওইনা বৈকুণ্ঠ (গোলোক) ধামদা চতুর্ভুজ ওইনা লৈ (মথৎ মরি পাম্বা বিষ্ণু ওইনা লৈ) অদুগা মহাক (কৃষ্ণ) অদুমক অংশগী (মচেৎকী) মশক ওইনা বিষ্ণু ওইরগা (সংসারদা শীন্ন থুংনা লৈরগা) জগৎ অসি ঙাকপী-শেনবিবা মপু ওই।"

মরম অসিদগী ভগবান শ্রীকৃষ্ণ সাক্ষাৎ পরমেশ্বরগী অবতারনি। অদুম্না অমসু অশেংবা মীৎযেদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণ, চতুর্ভুজ শ্রীভগবান বিষ্ণু শীন থুংবা (শীন্ন-থুংনা লৈবা) বিষ্ণু, ঈশ্বর অসিনচিংবা পুন্নমক করিমত্ত খেন্নদ্রবসু ব্যবহারগী মতমদা উপাধিনা মরম ওইদুনা মখোয়সিদা খেন্নবা লৈ। মায়াবু উপাধি ওইনা লৌরগা সর্ব্বজ্ঞ অমসুং সর্ব্বশক্তিমান ওইদুনা লৈবা ঈশ্বরনি, ঈশ্বর অসিমক মাযাগী রজোগুণবু উপাধি ওইনা লৌদুনা লৈববদি চতুর্মুখ ব্রহ্মা ওই অদুগা মহাক সৃষ্টিগী কর্ত্তানি সত্ত্ব গুণবু উপাধি ওইনা লৌদুনা লৈরিবদি সংসারদা শীন্ন থুংনা লৈবা বিষ্ণু ওই, অদুগা মহাক সৃষ্টিগী পালকনি মাযাগী তমোগুণবু উপাধি ওইনা লৌরবদি রুদ্র (মহাদেব) ওই অদুগা মহাক সংহার কর্ত্তানি (সংসাবু প্রলয় তৌবনি) অদুগা ঈশ্বর অদুমক গোলোক ধামদা লক্ষ্মীগী পতি ওইদুনা লৈরবদি চতুর্ভুজ বিষ্ণুনি অদুগা ঈশ্বর অদুমক মর্ত্যলোক্তা অবতার লৌদুনা লৈরবদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্নচিবনি। মসিদা উপাধি পুন্নমক অদুবু লৌথোক্লবদি মখোয পুন্নমক অশেংবা অমসুং অমত্ত ওইবা সচ্চিদানন্দ পরব্রহ্মগী মশক ওইনা লৈ, অদুগা জীব পুন্নমকসু মখোয়গী অন্ত করণ ওইবা উপাধিশিং লৈত্রবদি পরব্রহ্মগী মশক ঙাক্তনি, মঙোন্দগী মখোয়সু করিমত্ত খেন্নদে। মরম অসিনা মায়া উপাধিবু লৌদুনা শীন্ন থুংনা লৈবা পরমেশ্বরগী অবতার শ্রীকৃষ্ণনচিংবনি হায়বসিদা চিংনক্কম থোক্তে। শ্রীশুকদেবনসু পরীক্ষিৎপু অসুম্না হায়রি—

কৃষ্ণমেনমবেহি ত্বমাত্মানমখিলাত্মনাম্।
জগদ্ধিতায সোঽপ্যত্র দেহীবাঽভাতি মাযযা॥
(ভা ১০।১৪।৫৫)

"হে রাজন। নহাক শ্রীকৃষ্ণ অসিবু জীব পুন্নমক্কী আত্মানি হায়না খঙউ, মহাক অদুসু জগৎকী কান্নবগীদমক পৃথিবীদা মায়ানা মরম ওইদুনা হকচাং লৈবগুম তৌনা উই।"

মরম অসিনা অবতারগী অর্থ অসুম্না তৌগদবনি —"যস্য অভিব্যক্ত্যা সাধুজনাং দুঃখেভ্যং অবতবন্তি সোঽবতাবঃ"।

"মাগী ফোঙদোকপদগী অফবা ভক্ত ওইবা মীশিংনা আধ্যাত্মিকনচিংবা অৱাবা অহুমদগী লাম্থোকপা ঙম্মী, অসিগুম্না মহাকপু অবতার কৌই।"

মৈ অসি মফম পুন্নমক্তা অমসুং পোৎ পুন্নমক্তা শীন্ন থুংনা লৈ অদুমক ওইদুনসু শী নচিংবদা মহাক ফোঙদোক্লবদি মী ওইবগীদমক মঙোন্দগী করিমত্ত কান্নবা লৈতে, শীংনচিংবদা ফোঙদোক্লবতদা

মহাক কাম্নরিবনি। মতৌ অদুগুম্না পরমাত্মা ঈশ্বরসি সর্ব্বজ্ঞ অমসু সর্ব্বশক্তিমান্ ওইদুনা শীন খুংনা লৈরবসু ব্যবহারদা কনাগুম্বা অমত্তগী কাম্নদে। অদুগা মায়ানা মরম ওইদুনা কোঙদোক্লবতদা মহাক কাম্নগনি। মরম অসিনা ব্রহ্মানসু অসুম্না হায়রি —

হরিং সর্ব্বত্র সর্ব্বাত্মা বিগ্রহং কৃত আত্মনঃ।
স্বেচ্ছাময়ং পরংব্রহ্ম ভক্তানুগ্রহবিগ্রহ ॥

(ব্রহ্মবৈ পু ব্রহ্মখণ্ড ১৭।১৪)

"শ্রীভগবান হরিদি পুম্নমক্কী আত্মা ওইনা মফম পুম্নমক্তা লৈরিবনি মরম অসিনা মাগা হকচাং করম্না ওইবা য়াগনি? অদুমক ওইদুনসু মশামা নীংবা মতুং ইম্না পরমব্রহ্ম অদুনা ভক্তশিং বু কৃপা তৌবিগে হায়বগীদমক মায়ানা হকচাং লৌর্বান।"

মানা লৌরিবা হকচাং অদুসু জীবগী মতৌগুম্না কর্ম্মগী মখা পোনবা নত্তে স্নপ্না কৃপানা মরম ওইদুনা হকচাং লৌবনি হায়বা অসিগী মরমদসু অসুম্না তাকলি —

কারাগৃহে গচ্ছতি ভূমিপালো
হেতুর্দয়া তত্র ন কর্ম্মবন্ধ।
এবঞ্চ সর্ব্বেশ্বরো দেব দেবো
দয়াবতারো ন চ কর্ম্মবন্ধ ॥

"লৈবাক ঙাকপা নিংথৌনা কারাগৃহদা (জেলদা) চংলি, মহাদা চংপগী মরমদি স্নপ্না বন্দীশিংগী মফমদা দয়া (থৌজাল) তৌবিনবগীদমক্তনি মহাদা কর্ম্মবন্ধ নত্তে (ফত্তবা কর্ম্ম তৌব্লবগী জেলদা চংপা নত্তে) মতৌ অদুগুম্না দেবশিংগীসু দেব পরমেশ্বরনা অবতার লৌবসি ভক্তশিংগী মথক্তা থৌজাল তৌবীনবগীদমক্তি, পাপ পুণ্য কর্ম্মগী মখা পোন্দুনা জীবগুম্না হকচাং লৌবা (পোকপা) নত্তে।"

হায়রিবা ঈশ্বরগী অবতার অসি অংশাবতার অমসুং পুর্ণাবতার খেন্নবদগী অনীথোক্লা থায়রি। অংশবু কলা হায়নসু কৌই মসিগী অর্থদি মচেং হায়বনি। আকাশদা ঐখোয়না উরিবা থা অসিদা কলা তরাতরুক লৈবগুম্না ঈশ্বরগীসু কলা তরাতরুক লৈ হায়না ব্যবহারদা চংবৈ। ঈশ্বরগী কলা ১৬ অসি অরাং অহেন নাইনা থরায়পানবা পুম্নমক্কী মনুংদা ফোঙদোক্লনা লৈ। মহাদা কলা ৮ দগী হেনগংনা ফোঙবা মতমদা মাবু অবতারনি হায়বৈ। মীওইবগী হকচাংদদি সাধারন ওইনা (চম্না) কলা ৫ ফোঙই অদুগা কলা ৬ তগী ৮ ফাওবা ফোঙবা মীবু য়াম্না ঐশ্বর্য্য লৈবা মুনি ঋষিনচিংবনি হায়বৈ। মরম অসিদগী জীব পুম্নমক অসিসু ঈশ্বরগী অংশনি, মদুগুম্বগী অতোপ্পা নত্তে হায়নরিবনি। তুংদসু ভগবান্—"মমৈবাংশো জীবলোকে জীবভূতঃ সনাতন" (গীতা ১৫।৭) অসুম্না হায়রকনি।

হৌজিক থৱায়পানবশিংগী মনুংদা পরমাত্মাগী কলাশিং অসি অৱাং অহেন নাইনা করম্না ফোঙই হায়বসিগী মরমদসু থৱদ বিচার তৌসি। থৱায়পানবশিংগী হকচাংশিংদা কোশ মঙা লৈ। কুপ্পুন্না থম্বা মথুমবু কোশ কৌই। কোশ মঙা অহুদি মসিনি— অন্নময় কোশ, প্রাণময় কোশ, মনোময় কোশ, বিজ্ঞানময় কোশ অমসুং আনন্দময় কোশ। ঐখোয়না চারিবা চীঞ্জাক্লা শাগৎপা অপোবা হকচাং (স্থূল শরীর) অসিবু অন্নময় কোশ কৌই, মসিগী মনুংদা লৈবা প্রাণ মঙা অমসুং কর্মেন্দ্রিয় মঙা তিল্লগা প্রাণময় কোশ ওই সংকল্প বিকল্পগী মশক ওইবা মন অমসুং জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা তিল্লগা মনোময় কোশ ওই মতৌ অহুগুম্না নিশ্চয়াত্মিকা বুদ্ধি অমসু জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা তিল্লগা বিজ্ঞানময় কোশ ওই। জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা অসি মনোময় অমসুং বিজ্ঞানময় কোশ অনীমক্তা লাকই অহুগা অজ্ঞানগী মশক ওইবা কারণ শরীর (শোকপা-শিবা নাইনা লৈনবগী মরম ওইবা হকচা) আনন্দময় কোশনি। প্রাণময মনোময় অমসুং বিজ্ঞানময় কোশ অহুম অসি তিল্লগা সূক্ষ্মশরীর (অকৃপ্পা হকচাং) ওই। মতৌ অসুম্না হায়রিবা কোশ মঙা অসি জীবাত্মাবু কুপ্পুন্না মথুম ওইনা লৈ মসি থৱায়পানবা পূম্নমক্কী লৈরিবনি। থৱাযপাম্বা পূম্নমক অসিসু চাউরাক্লা —উদ্ভিজ্জ, স্বেদজ অণ্ডজ অমসুং জরায়ুজ খেন্নবদগী মখল মরি থোক্লা খায়রি। মহুদা লৈপাক্তগী পোকপা (হৌবা) উ-ৱা, নাপীনচিংবসি উদ্ভিজ্জনি, হুমাংনচিংবদগী পোকপা হীক্লচিংবা স্বেদজনি মক্কমদগী পোকপা উচেক, ঙানচিংবা অণ্ডজনি অমসুং নাউয়োম্না য়োমদূনা পোকপা শা, মীনচিংবা জরায়ুজনি। মখোয়শিং অসিগী মনুংদা উদ্ভিজ্জ ওইবা জীবশিংদা অন্নময় কোশদমক (অপোবা হকচা দমক) নীংথিনা ফোঙই, লেমহৌবা কোশ মরি নীংথিনা ফোঙদে, থূপ্পুন্না লৈ মরম অসিনা মখোয়দা জীব ওইনা ঈশ্বরগী কলা অমা ফোঙই স্বেদজ ওইবা জীবদা অন্নময কোশ অমসুং প্রাণময় কোশ অনী অসি নীংথিনা ফোঙই অরেম্বা কোশ অহুম ফোঙদবগুম তৌনা লৈ, মহুৎগী মখোয়দা (স্বেদজ জীবশিংদা) ঈশ্বরগী কলা ২ (অনী) ফোঙই, অণ্ডজ ওইবা জীবশিংদদি অন্নময় প্রাণময় অমসুং মনোময় কোশ অহুম অসি নীংথিনা ফোঙই, অহুগা অরেম্বা কোশ অনীদি ফোঙদবগুম তৌনা লৈ, মরম অসিনা মখোয়দা ঈশ্বরগী কলা (অহুম) ফোঙই অহুগা শা ওইবা জরায়ুজশিংদা অন্নময় কোশদগী হৌহ্না বিজ্ঞানময় ফাওবা কোশ মরি অসি নীংথিনা কোঙই আনন্দময় কোশ থূপভূম্না লৈবগুম তৌই। মরম অসিনা মখোয়দা ঈশ্বরগী কলা ৪ (মরি) ফোঙই অহুগা মী ওইনা পোকপা জরায়ুজদদি মপূং ফানা কোশ মঙামক নীংথিনা ফোঙই মহুৎগী মীওইবদা ঈশ্বরগী কলা ৫ (মঙা) ফোঙই। নোক্কনা মশাগী মুংঙাইবা ফোঙদোকপা ঙম্বা জীবদা আনন্দময় কোশ নীংথিনা ফোঙদোকই, অতৈদদি নীংথিনা ফোঙদোক্তে। মতৌ অসুম্না কোশশিংগী অৱাং-অহেন নাইনা ফোঙবা মরমদগী ঈশ্বরগী কলা ফোঙবদসু জীবশিংদা অৱাং অহেন নাইবনি, অহুগা কলাদা অৱাং অহেন নাইবা মরম্না মখোয়গী বুদ্ধি লৌশিংনচিংবদসু অৱাং অহেন নাইবনি। কলা মঙাদগী হৌহ্না কলা নীপাল ফাওবা ফোঙবা জীব মীগী মনুং চল্লি, অহুগা মহুৎগী হেনগৎলবদি লাইগী মচু চল্লি। ভগবান পরশুরামদা

ঈশ্বরগী কলা ১০ (তরা), নৃসিংহ ভগবান্দা কলা ১২, ভগবান শ্রীরামচন্দ্রদা কলা ১৪ অমসুং শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্দা কলা ১৬ পুন্না ফোঙই। মসিদগী শ্রীকৃষ্ণবু "কৃষ্ণস্তু ভগবান্ স্বয়ম্" অস্থুন্না পূর্ণ অবতারনি হায়রিবনি।

পূর্ণ অবতারদা আধিভৌতিক আধিদৈবিক অমসুং আধ্যাত্মিক শক্তি অহুম অসিস্থ পূর্ণ ওইনা ( মপুং ফানা ) লৈ। ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী আধিভৌতিক শক্তিগী ( অপোৱা হকচাংগা লোয়নননা মরী লৈনবা পাঙ্গলগী ) মরমদা কংসবু হাংনবগীদমক রঙ্গশালাদা চংলিবা শ্রীকৃষ্ণবু মীয়ামনা করি ওইনা উখিবগে হায়বা অসি শ্রীশুকদেবনা অস্থুন্না তাকই—

মল্লানামশনির্নৃণাং নরবরঃ স্ত্রীণাংস্মরোমর্ত্তিমান্।
গোপানাং স্বজনোঽসতাং ক্ষিতিভুজাং শাস্তা স্বপিত্রোঃ শিশুঃ।
মৃত্যুর্ভোজপতেবিরাডবিদুষাং তত্ত্বং যোগিনাং।
বৃষ্ণীনাং পরদেবতেতি বিদিতো রঙ্গং গতঃ সাগ্রজঃ॥
(ভাগবত ১০।৪৩।১৭)

"মল্লশিংগীদি বজ্র ওইনা, অচম্বা মীশিংগীদি অথোইবা মী ওইনা, নুপীশিংগীদি সাক্ষাৎ মূর্তিমান্ কামদেব ওইনা, গোপশিংগীদি মরূপ মপাং ওইনা, ফত্তবা নিংথৌশিংগীদি শাসক ওইনা, মশাগী মমা-মপাগীদি অঙাং ওইনা ( মরমদি মতম অহুদা কৃষ্ণগী চহী ১১ ফাওবস্থ মপুং ফাত্রি ), ভোজপতি কংসগীদি সাক্ষাৎ মৃত্যু ( যম ) ওইনা অজ্ঞানী ওইবা উপাসকশিংগীদি বিরাট ওইনা, জ্ঞানী ওইবা যোগীশিংগীদি পরম তত্ত্ব পরব্রহ্ম ওইনা অমসুং বৃষ্ণি শাগৈগী ( বসুদেবগী শাগৈগী ) মীশিংগীদি অথোইবা কুলদেবতা ( শাগৈগী দেবতা ) ওইনা খঙখিবা ( উখিবা ) শ্রীকৃষ্ণনা ময়াম্বা বলরামগা লোয়ননা রঙ্গশালাদা ( মল্লযুদ্ধ তৌনবা মফমদা ) চংখি।"

আধিদৈবিক শক্তিদি ( দেবতাগা মরী লৈনবা শক্তিদি ) য়াম্না অঙাং ওইরিঙেদা পূতনাবু হাংপা, গোবর্দ্ধন ধারণ তৌবা অসিগুম্বা থবক পাঙথোকপনচিংবা অসিনি, অদুগা আধ্যাত্মিক শক্তিদি ( আত্মাগা মরী লৈনবা শক্তিদি ) অর্জুনগী মফমদা গীতাগী উপদেশ পীবনচিংবা অসিনি, মসিদা মী পুম্নমক্কী কান্নবগীদমক য়াম্না শম্না বেদগী কাণ্ড অহুমগী অথুপ্পা রা পুম্নমক তাকপিরিবনি। মতৌ অস্থুন্না শ্রীভগবান কৃষ্ণদা শক্তি পুম্নমক তিন্দুনা লৈবা মরমদগী মহাক পূর্ণ অবতারনি। হায়রিবা শক্তিশিং অসি অতোপ্পা অবতারশিংদা উবা ফংলোই।

হায়রিবা অবতারসি অমুক হন্না আবেশ, প্রবেশ, স্ফূর্ত্তি অমসুং আবির্ভাব হায়না মথল মখিথোক্না থায়রি। ঈশিংদা মৈগী শক্তি চঙহুনা ঈশিং শাবগুম্না পরমাত্মাগী শক্তি চঙহুনা পাঙ্গল য়াম্না চাউববু আবেশ অবতার কৌই। মসি পরশুরামগী অবতারনি। সহস্রবাহু অর্জুনা জমদগ্নিবু হাংগ্রবদা পরশুরামদা পরমাত্মাগী শক্তি ওইবা কলা চঙই ( আবেশ ওই )। কলা অহু

চঙত্রিঙৈগী মমাঙদা মহাক অবতার ওইরমদে। মঙোন্দা ঈশ্বরীয় কলা চঙলবা মতু্দা মহাক্না মপা হাংখিবগী লম্নশিংবগী মশক ওইনা ভার্গবতা অসিদা লৈবা ক্ষত্রিয়শিংবু ২১ য়ক হন্না কোয়দুনা মাঙহনখি। মতু্দা ত্রেতাযুগকী মমৈদা শ্রীরামচন্দ্রনা শিব (মহাদেব) গী লীরুং থুদেক্নুনা সীতাবু লুহোংদুনা লোবা মতমদা পরশুরামদগী ঈশ্বরীয় শক্তি ওইবা কলাশিংহবু লোথোকখি মতগী মতু্দা মঙোন্দা অবতারগী শক্তি লৈখিদে। মরম অসিনা মাগী অবতার আবেশ অবতারনি।

প্রবেশ অবতারদি য়োংনচিংবদা ৈম চঙহনা মশাগী মঙাল ফোঙদোকপগুম্বনি। মসি দ্রৌপদীগী ফি দা চঙহনা ফি ওইনা ঈশ্বরনা মশাগী মওঙ ফোঙদোকপনি। কৌরব সভাগী মনু্দা ফি অনত্ শেংহনা লাকপি দ্রৌপদীগী ফি (সাডী) অদু দুঃশাসনা লোথোকে হায়না চিংলবা মতমদা মহদগী কন্নবা উপায় অমত্ত উদ্রবদা দ্রৌপদীনা শ্রীকৃষ্ণবু অস্মুন্না কৌবা হৌই—

কৌরবৈঃ পরিভূতাং মাং কিং ন জানাসি কেশব।
হে নাথ হে রমানাথ ব্রজনাথার্তিনাশন।
কৌরবার্ণবমগ্নাং মামুদ্ধরস্ব জনার্দন।

(মহাভা সভাপ ৬৮।৪২)

"হে কেশব! কৌরবশিংনা ঈকাইবা পীরিবা ঐবু নহাক্না করি মরমদগী খঙদ্রিবনো? হে নাথ! হে লক্ষ্মীনাথ। হে ব্রজনাথ! হে অরাবা পুম্নমকপু কোকহনবীবা জনার্দন। কৌরবকী মশক ওইবা সমুদ্র অসিদা লুপ্লুনা লৈরিবী ঐবু থাংগৎপিযু।"

মতৌ অস্মুন্না দ্রৌপদীনা কৌজররুবদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা করি তৌখিবগে হায়বসিবু বৈশম্পায়না অস্মুন্না হায়রি—

আকৃষ্যমানে বসনে দ্রৌপদ্যাস্তু বিশাম্পতে।
তদ্রূপমপরং বস্ত্রং প্রাদুরাসীদনেকশঃ॥

(মহভা সভাপ ৬৮।৪৭)

"প্রজাপালক হে জনমেজয়! দুঃশাসনা দ্রৌপদীগী ফি বু চিংথোক্রুবদা মতুগা চপ মান্নবা ফি কয়ামুক ফোঙদোকখি, মতু দ্রৌপদীগী হকচাংদগী নাম্থোকপা লৈতনা লোইবা লৈখিদে।"

মসি শ্রীভগবানগী প্রবেশ অবতারনি।

অমংবা মোংগী মনুংদা লৈবা অনুকূল (পোজেটিব) শক্তি অমসুং প্রতিকূল (নেগেটিভ) শক্তি, অনী তিন্নবদগী ঈখঙ খঙহৌদনা মোংথাঙ ফোঙদোকপগী মতৌগুম্না পরমাত্মানা ফোঙদোকপবু স্ফূর্তি অবতার কৌই, মসিদি নৃসিংহ অবতারনি। মসি হিরণ্যকশিপুদা লৈবা আসুরী শক্তি অমসুং প্রহ্লাদদা লৈবা দৈবী শক্তি অনী অসিনা মরম ওইদুনা ফোঙদোকপনি। মসিগী মরমদা শ্রীশুকদেবনা অস্মুন্না হায়রি—

সত্যং বিধাতুং নিজভৃত্যভাষিতং
ব্যাপ্তিঞ্চ ভূতেষ্বখিলেষু চাত্মনঃ।
অদৃশ্যতাঽত্যদ্ভুতরূপমুদ্বহন্
স্তম্ভে সভায়াং ন মৃগং ন মানুষম্।

(ভাগবত ৭।৮।১৮)

"পরমেশ্বরনা মনাইনা হায়খিবা অহৃব অচুম্বনি তাকে হায়বগীদমক প্রহ্লাদনা মপাবু ভগবান শ্রীবিষ্ণু মফম পুম্নমক্তা লৈ, যুমখোঙ যুম্বী অসিদস্থ লৈ হায়বহ্ অচুম্বনি তাক্নবগীদমক অহৃগা অচৎ-চত্ত সংসার পুম্নমক অসিদা মশাবু শীন থু না লৈ হায়বসি খণ্ডহন্নবগীদমক লোংশাস্থ নত্তবা মীস্থ নত্তবা (অনীমক তিন্নহৃনা শাবা) অকিবগী মশক ওইবা মওঙ অমা লৌদূনা যুম্বীদগী সভা অহৃগা ফোঙদোকখি।"

মসি স্ফূর্ত্তি অবতারনি।

আবিভাব ওইবা অবতারদি রাম কৃষ্ণনচিংবা মখল মখা অয়াম্বা অসিনি মসিগী মরমদস্থ অস্থুম্না হায়রি—

ভাবযত্যেষ সত্ত্বেন লোকান্ বৈ লোকভাবন।
লীলাবতারানুরতো দেবতির্য্যঙ নরাদিষু॥

(ভা ১।২।৩৪)

"সংসার পুম্নমকপু য়াইফহল্লিবা ভগবান্না মায়াগী সত্ত্বগুণনা মরম ওইহৃনা লাই, ওক, থেন্থু, মীনচিংবগী মওঙদা লীলাগী মশক ওইনা অবতারশি লৌরগা লোক পুম্নমক্কী য়াইফনবা তৌবিরি।"

মতৌ অস্থুম্না পোকপা নাইদবা অমস্থং লেঙদনা লৈবা পরমাত্মা ভগবান্না মায়ানা মরম ওইহৃনা অবতার লৌবসিদা মাগী উরিবা হকচাং অহৃ ভৌতিক নত্তে, নায়িকনি হায়বা অথূপ্পা বা পুম্নমক অসি অর্জ্জুনবু নীংথিনা তাকপিরি।

মথক্তা হায়খ্রিবা রাশিং অসিদ নত্তনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী আবির্ভাব ওইবা মতমদা আকাশতা চৎতুনা লৈবা গ্রহশিং করম করম্বা মফমদা লৈরিম্মি হায়বা অসিবুস্থ "খমাণিক্য" কৌবা জ্যোতিষকী লাইরিক্তা অস্থুম্না তাক্লি—

"দ্বাপরযুগ শেষে ভাদ্রকৃষ্ণাষ্টম্যাং রোহিণী নক্ষত্রে নিশীথে দেবকীগর্ভে আবির্ভূত। তস্য জন্মসময়, তথা— উচ্চস্থাং শশিভৌমচান্দ্রি শনয়ো লগ্নং বৃষো লাভগো জীবঃ সিংহ তুলাদিবৃক্রমবশাৎ পূষোশনোরাহবং। নৈশীথং সময়োঽষ্টমী বুধদিনং ব্রহ্মাঙ্ক মত্রক্ষণে শ্রীকৃষ্ণাভিধমম্বুজেক্ষণমভূদাবিং পরব্রহ্মতদিতি॥"

"দ্বাপর যুগকী মমৈদা, থবান থাগী শিথরকপা (নিন্দুং) থাথাম্নগী নীপগমিত্তবা মূমিত্তা রোহিণী নক্ষত্রদা থানা লৈবা মতমদা, অহিং নোংয়ায়গী মতমদা দেবকীগী গর্ভদা শ্রীকৃষ্ণ আবির্ভূত ওইখি (ফোঙদোকখি)। মহাক্কী পোকপগী মতমদি মতৌ অস্থুম্না ওই—

চন্দ্র, মঙ্গল, বুধ অমসুং শনি গ্রহ মরি অসি মথোয়গী উচ্চস্থান্দা ( অৱাংবা মফমদা ) লৈরম্মী ( চন্দ্র বৃষভরাশিদা, মঙ্গল মকর রাশিদা, বুধ কন্যারাশিদা অমসুং শনি তুলারাশিদা লৈরম্মী ) লগ্ন বৃষভ রাশিনি বৃহস্পতি গ্রহ লাভগী মফমদা (১১শুবা ভাবতা) লৈরম্মী। সিংহ, তুলানচিংবা রাশিদা ( সিংহ, কন্যা অমসুং তুলা রাশিদা ) সূর্য্য, শুক্র অমসুং রাহু মথং মথং লৈরম্মী। অহিং নোংয়ায়গী মতমনি, অষ্টমীনি, যূমশকৈশ নুমিংনি, ব্রহ্মা মাগী স্বামী ওইবা রোহিণী নক্ষত্রনি। অসিগুম্বা মতমদা সাক্ষাং পরব্রহ্মমকনা কমলনয়ন শ্রীকৃষ্ণ মিং লৌদুনা অবির্ভাব তৌখি।"

মসিগী মতুং ইন্না ভাবান শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রগী জন্মকুণ্ডলী ( জন্মকোষ্ঠী ) মথাগী অস্মুম্না ওইগনি—




মসিদা ( জন্মকুণ্ডলীদা ) ইরিবা অসিগী মতুংইন্নসু ভগবান শ্রীকৃষ্ণচন্দ্র সাক্ষাৎ পরব্রহ্মগী অবতারনি হায়বা অসি করিমত্ত চিংনকম থোক্লে অমসুং চিংনফম লৈতে।৬।

পূম্নমক্কী মপু ওইবা নহাক্না করম্বা মতমদা অবতার লৌবগে অমসুং করি মরমদগী লৌবগে হায়না অর্জুন্না হংলবদা ভগবান্না শ্লোক অনীদা অস্মুম্না তাক্লি—

যদা যদা হি ধর্ম্মস্য গ্লানির্ভবতি ভারত।
অভ্যুৎথানমধর্ম্মস্য তদাত্মানংসৃজাম্যহম্ ॥ ৭ ॥
পরিত্রাণায সাধুনাং বিনাশায চ দুস্কৃতাম্।
ধর্ম্মসংস্থাপনার্থায সম্ভবামি যুগে যুগে ॥ ৮ ॥

**অন্বয ব্যাখ্যা :**— ভারত—ভরতকী শাগৈদা পোকপা হে অর্জুন! যদা যদা হি=করি করিগুম্বা মতমদা, ধর্ম্মস্য—জীব পূম্নমক্কী য়াইফনবগীদমক বেদনচিংবা শাস্ত্রনা তাকপা প্রবৃত্তি অমসুং নিবৃত্তিগী মশক ওইবা ধর্ম্মগী, গ্লানি ভবতি=ময়েং তাবা ওই, অধর্ম্মস্য=অহুগা বেদনচিংবা শাস্ত্রগী মতুংইন্না চত্তবা অধর্ম্মগী, অভ্যুংথানং—চাওখৎপা ওই, তদা—মতম অহুদা, অহং—ঐনা, আত্মানং সৃজামি—মায়ানা হকচাংবু শেম্মি।৭। সাধুনাং—অফবা লমচৎ চত্তুনা পুণ্যগী থবক তৌবা মীশিংগী, পরিত্রানায়—ঙাক শেন্নবগীদমক, দুস্কৃতাং চ—অহুগা ফত্তবা লমচৎ চৎপা পাপকী থবক

তৌবা মী শিংগী, বিনাশায়—মাঙনবা তৌগে হায়বগীদমক, ধর্ম্ম সংস্থাপনার্থায়—ময়েং তাহনদা লৈরিবা ধর্ম্মবু অমুক হন্না চাওখৎহন্নবগীদমক ( লিংখৎনবগীদমক ) যুগে যুগে সম্ভবামি—যুগ যুগ খুদিংদা ঐনা অবতার লৌদুনা ঈশাবু ফোঙদোকই ॥ ৮॥

অপুনবা অর্থ — হে ভারত। করি করিগুম্বা মতমদা ধর্ম্ম ময়েং তাই অমসুং অধর্ম্ম চাওখৎলি, মতম অদুদা ঐনা মায়ানা হকচাং শেম্মী। ৭॥ অদুগা অফবা মী শিংবু ঙাক্নবগীদমক, ফত্তবা মী শিংবু মাঙহন্নবগীদমক অমসুং ময়েং তাহনা লৈরিবা ধর্ম্মবু লিংখৎনবগীদমক যুগ যুগ খুদিংদা ঐনা অবতার লৌই ॥ ৮॥

অথুপ্পা বা

শ্লোক অনী অসিদা শ্রীভগবান্না অবতার লৌবগী মরম মওাখক তাক্লি— ১) ধর্ম্মগী গ্লানি ( ময়েং তাবা ) ধর্ম্মগী মশক ওইবা অফবা থবকশিংদা ফত্তবা মী শিংনা তুক্কচবা পোক্নুনা মহ ( ধর্ম্মহ ) তৌহনা লৈবা অফবা মী-শিংগী মথক্তা নত্ত-নত্তবা অৱাবা পীবনচিংবা অসি ধর্ম্মগী ময়েং তাবনি। মসি য়াম্না ওইররবা ( তোযররকবা ) মতমদা ভগবান্না অবতার লৌই। (২) অধর্ম্মগী অভ্যুত্থান পাপকী মশক ওইবা ফত্তবা থবকশিং অধর্ম্মনি, মহ য়াম্না চাওখৎলক্লুনা অফবা মীনা ধর্ম্ম তৌবা ঙম্নক্রবা মতমদা ভগবান্না অবতার লৌই। (৩) অফবা মী শিংগী পরিত্রাণ— অফবা মী শিংনা ধর্ম্ম তৌবা উরগা শাউহনা ফত্তবা মী শিংনা থবকশিং অদুবু মাঙহনবা অমসু খাঙঙমদবা মখল মথা অয়াম্বা অৱাবা পীহনা অফবা মীশিংবু হাংপা তুপ্পা আসনচিংবা ওইরবা মতমদা মখোয়বু ঙাক্কে হায়বগীদমক অবতার লৌই। (৪) ফত্তবা মী শিংগী বিনাশ— থৌজাল লৈতবা অমসুং অফবা মী শিংবু অৱাবা পীরগদা মখোয়গী নুংঙাইজবা ওইবা মী শিংবু মাঙহনগে হায়বগীদমক ভগবান্না অবতার লৌই, (৫) ধর্ম্মগী সংস্থাপন— ফত্তবা মী শিংনা ধর্ম্ম তৌহন্দবদগী মায়কৈ মরিমক্তা অধর্ম্ম শন্দোক্লকলবা মতমদা অধর্ম্ম অদুবু মাঙহল্লগা অমুক হন্না ধর্ম্ম লিংখৎহনা মহ চাওখৎনবগীদমক ভগবান্না অবতার লৌই। মতৌ অম্মুম্না হায়রিবা মওা অসি পূন্না নত্রগা অমা অনীদং য়াম্না কন্না (হেন্না) ওইবা মতমদা শোয়দনা ভগবান্না অবতার লৌই হায়বা অসিদা পুরাণ ইতিহাসনচিংবা পুন্নমকসি সাক্ষীনি। মরম অসিনা শ্রীভগবান্না অর্জ্জুনবু তাকলিবসিদা করিমত্ত চিংনফম লৈতে।

হৌজিক ভগবান্না অচম্বা মী শিংগা মান্নদবা মাগী অথুপ্পা মপোক অমসুং থবকশিংবু খঙবা মী-শিংনা করম্বা মহৈ ফংবগে হায়বসি অম্মুম্না তাক্লি—

জন্ম কর্ম্ম চ মে দিব্যমেবং যো বেত্তি তত্ত্বতঃ।
ত্যক্ত্বা দেহং পুনর্জন্ম নৈতি মামেতি সোহর্জ্জুন ॥ ৯॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— হে অর্জ্জুন! য =মী অদুনা মে=সচ্চিদানন্দ পরব্রহ্মগী মশক ওইবা ঐগী, দিব্যং=অচম্বা মী শিংগা মান্নদবা লাইগী ওইবা, জন্ম কর্ম্ম চ=মপোক অমসুং ধর্ম্ম লিংখৎপনচিংবা থবকপু, এবং=“অজোহপি সন” (৪/৬) অসিনচিংবনা হায়খিবগী মতুং ইন্না, তত্ত্বত বেত্তি—সুপ্পা ম্নায়াতনা ওইবনি, অচম্বা মীগী মতৌগুম নত্তে হায়বসি তশেংনা খঙই, স =অম্মুম্না খঙবা মহাক

অহ্, দেহং ত্যক্ত্বা=হকচাং থাদোক্লবা (শিন্নবা) মতুংদা, পুন জন্ম—অমুক হন্না মপোক, ন এতি=ফংদে, মাং এতি=ঐবু ফংই (মোক্ষ ফংই)। ৯।

**অপুনবা অর্থ ঃ—** হে অর্জুন। মী অহুনা পরমেশ্বর ওইবা ঐগী অচম্বা মীগা মান্নদবা মপোক অমসুং থবকপু মতৌ অসুম্না তশেংনা খঙই, মহাক অহ্ শিন্নবা মতুংদা অমুক হন্না পোক্তে, ঐবু ফংই (মোক্ষ ফংই)। ৯॥

## অথূপ্পা বা

রাখল লৈতবা অপঙবা মী শিংনা শ্রীভগবানগী কৃষ্ণনচিংবা অবতার লৌদুনা পোকপগুম উবসিবু অচম্বা মীগী মপোকী মতৌগুম্না খঙই অহুগা ফত্তবা মী-শিংবু লাকশিনবা, হাংপা, অকবা মী শিংবু য়োকপা, ঙাকপা অমসুং ধর্ম্ম লিংখংপা অসিনচিংবা থবকশিংবুসু অচম্বা মী শিংগী থবকুম্না উই। অসিগুম্বা মখোয়শিংসিদি ভগবানবু খঙদবদগী পাপ পুণ্য কর্ম্মগী মতুং ইন্না সংসারসিদা মথল মখা অয়াম্বা হকচাংশিং লৌদুনা হন্ন হন্না পোক্লগা অরা-অনা য়াম্না ফংহুনা লৈ। মসিগী ওন্ন তৈননা শ্রীভগবানগী মপোক অমসুং থবকশিংহবু সুপ্না মায়ানা মরম ওইহুনা উবনি, অশেং-বমক্তি ভগবান পোকপা শিবা নাইদে শীন্নথুনা লৈবা মরমদগী মঙোন্দা ক্রিয়া লৈতবা মরম্না মাগী করিগুম্বা থবক অমত্ত লৈতে, মহাক নত্তবা অতোপ্পা পোংসু লৈতে, মঙগী মতৌগুম্না মাযাদনাময়াম ওইনা উবনি, অহুগা ঐসু মহাকী মশক্তি, উপাধিদনা তোপ্পা উবনি অশেংবদদি মঙোন্দগী অতোপ্পা নত্তে অসিনচিংবা নীংথিনা খঙবা মী অহুদি প্রারব্ধ কর্ম্ম লোইকমক্তদা ভগবান্দা তিন্দুনা ভগবান্গী মশক ওই, মহাক অমুক হন্না পোক্তে। মরমদি অনীশুবা লৈতবা অমত্ত ওইবা পরব্রহ্মবু মশামক্তি খঙবা মীগীদমক শ্রুতিনা অসুম্না হায়রি—"তস্য তাবদেব চিরং যাবন্ন বিমোক্ষ্যেঽথ সম্পৎস্যে" (ছা উ ৬।১৪।২)—"জ্ঞানী অহুনা প্রারব্ধ কর্ম্ম লোইবা ফাওবত্তা ঙাইহুনা লৈ, মহ্ লোইবমক্তদা মহাক ব্রহ্মদা তিল্লী।" মরম অসিনা মরুম অসিদসু ভগবান্না অর্জুনবু রা অসি তাক্লিবনি ॥ ৯॥

মসিদা অর্জুন্না ভগবানবু ফংনবা উপায় হংলবদা মসিগী উপায়সি সংসারগী পোংশিংদা খৌরাংবনচিংবা থাদোক্লগা—"যোগ" প্রোক্তঃ পুরাতনঃ" (৪।৩) অসুম্না তাকখিবা অমসুং পরম্পরা ওইনা লাকপা জ্ঞানযোগনি হায়রবদি ভগবান্না অর্জুনবু অসুম্না তাক্লি—

বীতরাগভয়ক্রোধা মন্ময়া মামুপাশ্রিতাঃ।
বহবো জ্ঞানতপসা পূতা মদ্ভাবমাগতা ॥ ১ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—** বীতরাগভয়ক্রোধা =অপাম্বা, অকিবা অমসুং অশাউবা থাদোক্লবা, মন্ময়া =অনীলোঙদবা পূক্নীংবু ঐঙোন্দা (ভগবান্দা) থম্বা মরমদগী ঐগী মশক ওইনা লৈরবা, মাং উপাশ্রিতা—সংসারগী পোং পূম্নমকপু থাদোক্লুনা ঐঙোন্দদা চঙজম্লবা, জ্ঞানতপসা পূতা—

অমসুং জ্ঞানগী মশক ওইবা তপ তৌবনা মরম ওইদুনা য়াম্না শেংলবা, বহুব =মী কয়ামুক, মদ্ভাব, আগতা =সচ্চিদানন্দগী মশক ওইবা ঐহোন্দা তিনখি (মোক্ষ ফংখি)। ১ ।

**অপুনবা অর্থ** —অপাম্বা অকিবা অশাউবা থাদোক্লবা, ঐবু (শ্রীভগবানবু) তত্তনা নীংবদগী ঐগী মশক ওইনা লৈরবা ঐহোন্দা চঙজরবা অমসুং জ্ঞান ওইবা তপ তৌবনা য়াম্না শেংলবা মী কযামুক্কা ঐহোন্দা তিনখিদুনা মোক্ষ ফংখি । ১ ॥

**অথুপ্পা বা**

মসি য়াম্না ফাজ অমসুং ঐগীদমক য়াম্না কান্নগনি খন্দুনা সংসারগী পোৎশিংদা পুক্নীং চঙদুনা অপাম্বা পোকপসি য়াগনি। রাগ অসিগী বিষয় ওইদুনা লৈরিবা পো অদুবু মাঙহনবা ঙম্বা মরম লাক্লবদা নত্রগা লাক্কনি খনবদা মতুদগী ঙাকপা ঙম্নবা উপায় ফংদদুনা মশাবু অশোনবা ঙৎপসি ভয়নি (অকিবনি)। অদুগা রাগগী বিষয় ওইবা পোং অদুবু মাঙহন্নবা মরম লাক্লবদা মতু মঙোন্দগী অশোনবগী মরম খঙলগা মতুদগী ঙাক্লবা পাঙ্গল মঙোন্দা উদুনা পুক্নীং চাকপা পোক্লকপা অদু ক্রোধনি (অশাউবনি) অদুমসিনা মীবু য়াম্না লৈখা তাহল্লী। মরম অসিনা পুক্নীং লৈতানা লৈবা মীনা মতম পুম্নমক্ত অক ফত্ত রাখল তৌদুনা পুক্নী দা (অদুমসি) লাক্তনবা হোংনগদবনি। অদুম অসি পুক্নীংদা মপু ফানা লৈত্রবদি পরমাত্মাবু ফংনবা অমসুং খঙনবা হোংনবদা মতম কুইনা চঙলোই জ্ঞানগী মশক ওইবা তপ তৌবনা মরম ওইদুনা অশেংবা আত্মাগী মশক খঙলগা শোয়দনা মোক্ষ ফংবা ঙমগনি। সংসারসিদা জ্ঞানগা মান্ননা পবিত্র ওইবা পোং অমত্ত লৈতে তুংদম্ম ভগবান্না অস্মুম্না হায়গনি— "নহি জ্ঞানেন সদৃশং পবিত্রমিহ বিদ্যতে।" (৪।৩৮)। মরম অসিনা জ্ঞান নত্তনা অতোপ্পা মোক্ষ ফংনবা উপায় অমা লৈতে। শ্রুতিশিংনস্ম অস্মুম্না হায়রি— "তমেবং বিদ্বানমৃত ইহ ভবতি। নান্যপন্থা বিদ্যতেঽয়নায (নৃসিংহ পু উ ৬)— "আত্মাসিবু মতৌ অস্মুম্না খঙলবা মী অদু হিংন হিংনমক অমৃত (ব্রহ্ম) ওই। মাবু খঙবা নত্তনা মোক্ষ ফংনবা অতোপ্পা উপায় অমা লৈতে।" "স যো হবৈ তৎ পরমং ব্রহ্ম বেদ ব্রহ্মৈব ভবতি, নাস্যাঽব্রহ্মবিৎকুলে ভবতি।" (মু উ ৩।২)— "কনাগুম্বা মী অমসু ওইসনু, মানা পরব্রহ্মবু খঙলবদি মহাক ব্রহ্মমক ওই, মহাক্কী শাগৈদা ব্রহ্মবু খঙদবা মীস্ম লৈতে।" "তদপশ্যত্তদভবত্তদাসীৎ" (বাজ যজু ৩২।১২)— "মী অদুনা মাবু (পরমাত্মাবু) য়েংখি (খঙখি) মহাক অদু ওইখি, মরমদি মহাক অহানবদা মদুমক ওইনা লৈরম্মী।" মসিগী মরমদি সুপ্পা স সারগী অবস্থাসিদা অজ্ঞাননা মরম ওইদুনা অন্তকরণ উপাধিদগী (উপাধিনা মরম ওইদুনা) মঙোন্দগী (ব্রহ্মদগী) তোংডান্না উবদনি। ব্রহ্মবু মশামক্কি খঙবমক্তদা মহাক ব্রহ্মগী মশক ওইনা লৈবনি। অশেংবা মশক্কা জীব ব্রহ্মদগী অতোপ্পা অমা ওইরবদি মহাক কদৌঙদস্ম ব্রহ্ম ওইবা ঙম্মোই। মরম অসিনা মফম অসিদস্ম শ্রীভগবান্না অর্জুনবু জ্ঞাননা মরম ওইদুনা মাবু (ভগবানবু) ফংই তাকপনি। ১ ।

সংসার পূম্নমক অসিদি নঙোন্দা ( ভগবান্দা ) চঙজহনা লৈবা ঙাক্তনি, অহুবু জ্ঞান ওইবা তপ তৌবনা শেংলবা অমস্তুং সংসারগী পোংশিংদা রাগনচিংবা লৈতবা মী শিংদনা নহাকপু ফবা ঙম্মী অতৈদি ঙমদে হায়রবদি মখোয়বু ফল পীরিবা নঙোন্দা মীচঙ মীথায় নাইবগী ভাব লাকনি মসিদি ঈশ্বর ওইবা নঙোন্দা চুমদে হায়না অর্জ্জুন্না চিংনরবদা, মসিদা ঐগী ( ভগবানগী ) দোষ অমত্ত লৈতে মী শিংনা নীংবা অমস্তুং পাম্বগী মতুং ইন্না ঐনা ফল পীবনি হায়বসি ভগবান্না অর্জ্জুনবু অস্মন্না তাক্লি—

যে যথা মাং প্রপদ্যন্তে তাংস্তথৈব ভজাম্যহম্।
মম বর্ত্মানুবর্ত্তন্তে মনুষ্যাঃ পার্থ সর্ব্বশ ॥ ১১ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — যে=মী শিংহনা যথা=মওঙ অহুম্না (নীংবা পাম্বগী মতু ইন্না), মাং প্রপদ্যন্তে—ঐগী নাক্তা চঙজরকই ( ঐবু যেক খোত্তূনা নীংজৈ ), তান—মখোয়শিংহবু, তথা এব—মওঙ অহুমক ওইনা ( মখোযনা তৌজরিবহুগী মতুং ইন্না ), অহং ভজামি=ঐনা ফল পীবি। পার্থ—পৃথাগী মচা হে অর্জ্জুন! সর্ব্বশ—ফীবম পূম্নমক্তা ( হীরম খুদি দা ) মনুষ্যা—মীওইবশিংসি, মম বত্ম =ঐনা শেমদূনা থম্লিবা প্রবৃত্তিমার্গ ( কর্ম্মগী লম্বী ) অমস্তুং নিবৃত্তি মার্গ ( জ্ঞানগী লম্বী ) অনীসিদা, অনুবর্ত্তন্তে—শোযদনা চত্তূনা লৈ ॥ ১১ ॥

**অপুনবা অর্থ** —মী শিংহনা মওঙ অহুম্না ঐবু নীংজৈ ( ঐগী ঈফমদা চঙজরকই ), ( চঙজরক্লিবা ) মখোয় অহুবু মওঙ অহুমক্তদা ঐনা কৃপা তৌবি। হে অর্জ্জুন! হীরম খুদিংমক্তা মীওইবশিংসি ঐগী লম্বীদা চত্তূনা লৈ ॥ ১১ ॥

## অথুপ্পা বা

শ্রীভগবান্দা চঙজরিবা মী শিংসি অরাবা ফংহনা লৈবা লল থুম ফংনীংবা ভগবানবু ফংনীংবা অমস্তুং জ্ঞানী অস্মন্না মথল মরিথোক্লা থায়রি, মসিবু তুংদস্তু ভগবান মশামক্লা হায়গনি। মখোয়শিংসিনা—"যাদৃশী ভাবনা যত্র সিদ্ধির্ভবতি তাদৃশী" হায়বদি ভাবনাগী মতুং ইন্না ফল ওই। অসিগুম্বা পাউরোগী মতুং ইন্না মানা মানা পাম্বা ফলগীদমক ভগবানবু নীজৈ, অহুগা ভগবান্নস্তু মখোয়না তৌরিবা অহুগী মতুংইন্না মখোয়বু ফল পীবি কদোঙৈদস্তু ভগবান মনীংতম্না মখোয়বু ফল পীদে ভগবান্না মনীংতম্না ফল পীরবদি মাবু মীচঙ মীথায় নাই হায়বা য়াই, মহুদি খোক্তে। শ্রুতিনস্তু অস্মন্না হায়রি— "তং যথা যথোপাসতে তথৈব ভবতি" ( মুদগ° উ ৩।৩)— ভগবানবু উপাসনা তৌরিবা মওঙ অহুগী মতুংইন্না উপাসকনা ফল ফংই।" মরম অসিনা অয়াম্বা মীনা ফল পাম্বা মরমদগী কর্ম্মগী লম্বীতদা চত্তূনা লৈ, জ্ঞানগী লম্বীদা চত্তে মহুদগী মখোয়না ভগবানবু ফংদবনি, সুপ্না কর্ম্মগী মহৈ ওইবা অরা-মুংঙাইদবু ফংহন্না লৈবনি ॥ ১১ ॥

ঈশ্বর ওইবা নহাক্তি জীব প্নমক্কী মথক্তা অমত্ত ওইবা মীংয়ে, য়েংহনা কৃপা তৌবিব্নিবনি অহৃবু মথোয়না মহাকপু ফংনীংবা থাদোক্লগা কব্নি মরমদগী কর্ম্ম তৌহনা মহৈ পাব্লিবনো হায়না চিংনববদা অন্ত করণ শেংদবদগী মীনা ঐবু থাদোক্লগা কর্ম্মগী মহৈদবু পাব্লিবনি তাক্লনা ভগবাননা অর্জ্জুনবু অস্মুম্না হায়রি—

কাংক্ষন্ত কর্ম্মণাং সিদ্ধিং যজন্ত ইহ দেবতা ।
ক্ষিপ্রং হি মানুষে লোকে সিদ্ধির্ভবতি কর্ম্মজা ॥ ১২ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — ইহ=তাইবংপান অসিদা, কর্ম্মণা সিদ্ধিং—কর্ম্মশিংগী মহৈবু, কাংক্ষন্ত = পাম্লবা মী শিংনা দেবতা যজন্ত=ইন্দ্রনচি বা লাইশিংগী পূজা তৌহনা (মহৈ পাম্বা থাদোক্লগা ভগবান ঐগী পূজা তৌদে), হি=মসিগী মরমদি, মানুষে লোকে=পৃথিবী অসিদা, কর্ম্মজা সিদ্ধি —কর্ম্ম তৌবদগী য পদবা মহৈ ক্ষিপ্রং ভবতি=য়াম্না থুনা ওই (অন্ত করণ শেংদবা মরমদগী জ্ঞানগী মশক ওইবা মহৈদি কন্না হোংনববস্থু থুনা ফংবা ঙমদে। মরম অসিনা মোক্ষ ফংনবা ঐগী পূজা তৌবা থাদোক্লগা কর্ম্মগী মহৈ ফংনবা অতোপ্পা লাইশিংগী পূজা তৌহনা লৈব্রিবনি)।১২।

অপুনবা অর্থ — তাইবংপান অসিদা কর্ম্মশিংগী মহৈশিংবু পাম্বা মী-শিংনা লাইশিংগী পূজা তৌবনি, মরমদি পৃথিবীলোক অসিদা কর্ম্ম তৌবদগী ফংগদবা মহৈ য়াম্না থুনা ফংই। (জ্ঞানদি থুনা ফংবা যাদে য়াম্না ৱানা ফংই) ॥ ১২।

লৌকিক কর্ম্মশিংসিবু তৌনবা বর্ণ মরিবুস্থু ভগবাননা শেম্মী হায়বসি অস্মুম্না তাক্লি—

চাতুর্বর্ণ্যং ময়া সৃষ্টং গুণকর্ম্মবিভাগশঃ।
তস্য কর্ত্তারমপি মাং বিদ্ধ্যকর্ত্তারমব্যয়ম্ ॥ ১৩।

অন্বয় ব্যাখ্যা — চাতুর্বর্ণ্যং—ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয় বৈশ্য অমস্থং শূদ্র বর্ণ (জাতি) মরিসিবু, গুণকর্ম্মবিভাগশ—গুণ অমস্থ কর্ম্ম (থবক) খেন্নবদগী অতোপ অতোপ্পা ওইনা ময়া সৃষ্টং= ঐনা শেমখি তস্য—বর্ণ মরিসিগী কর্ত্তারং অপি—শেম্বীবা মপু ওইরবস্থু, মাং=ঐবু (ভগবানবু), অকর্ত্তারং অব্যয়ং=শেমদবা অমস্থং অমাঙ অতা লৈতবনি, বিদ্ধি—নঙনা খঙউ। ১৩ ॥

অপুনবা অর্থ —ব্রাহ্মণনচিংবা বর্ণ মরিসিবু গুণ অমস্থং কর্ম্ম খেন্নবগী মতুং ইন্না তোপ্পা তোপ্পা ঐনা শেমখি বর্ণ মরিসিবু শেম্বা ওইরবস্থ ঐবু অমাঙ অতা লৈতবা অমস্থং শেমদবনি হায়বসি নঙনা খঙউ ।১৩।

অশুপ্পা বা

ভগবাননা বর্ণ মরি শেমখি হায়বসিগী মরমদা বেদনস্থ অস্মুম্না তাক্লি—

ব্রাহ্মণোঽস্য মুখমাসীদ্বাহূ রাজন্যঃ কৃতঃ।
ঊরূ তদস্য যদ্বৈশ্যঃ পদ্ভ্যাং শূদ্রো অজায়ত ॥
(বাজ যজু ৩১।১১)

"পরমাত্মা ঈশ্বরগী মচীন্না ব্রাহ্মণ ওইখি (চীন্দগী ব্রাহ্মণ পোকখি), পাম্বোম অনী ক্ষত্রিয় ওইখি (পাম্বোম অনীদগী ক্ষত্রিয় শাখি', অহুগা মাগী খুকউ অনীহু বৈশ্য ওইখি (খুকউ অনীদগী বৈশ্য পোকখি) অমসুং খোঙ অনীদগী শূদ্র পোকখি।

সৃষ্টিগী অহানবা মতমদা পরমাত্মাগী মশক ওইবা প্রজাপতি ব্রহ্মাদগী জাতি খায়বা লৈতনা মীওইবশিং পোকখি মতুংদা সমাজ ওইনা লৈরক্লবদা গুণ অমসুং কর্ম্ম খেন্নবগী মতুংইন্না ব্রাহ্মণনচিংবা বর্ণ মরিবু বিরাট ভগবানগী হকচাংগী কাযাং ওইবা চীন্নচিংবা ওইখি (চীন্নচিংবদগী পোকখি) হায়বনি। মসিগী মরমদা ভীষ্মনসু যুধিষ্ঠিরবু অসুম্না হায়রি—

একবর্ণমিদং পূর্ব্বং বিশ্বমাসীৎ যুধিষ্ঠির।
গুণক্রিয়াবিশেষেণ চতুর্বর্ণং প্রতিষ্ঠিতম্ ॥
(ম ভা শা ২৯।১২২)

"হে যুধিষ্ঠির। মমাঙউদা পৃথিবী পুম্নমক অসিদা বর্ণ (জাতি) অমত্ত লৈরম্মি। মতুংদা গুণ অমসুং ক্রিয়া (কর্ম্ম—থবক) তোপ্পা তোপ্পা ওইখিবদগী বর্ণ মরিথোক্লা লৈখি।"

মতুদা সত্ত্বগুণমক্তা অথোইবা ওইনা মখোয়গী লৈবা মী শি ব্রাহ্মণ ওইখি মখোয়গী ইন্দ্রিযনি গ্রহনচিংবা তপ তৌবা শাস্ত্র চিন্তন তৌবা অসিনচিংবসি কর্ম্ম ওইখি, সত্ত্বগুণ অমসুং রজো-গুণ অথোইবা ওইনা মখোয়গী লৈবা মী শিং ক্ষত্রিয় ওইখি মখোয়গী মরু ওইবা থবক্তি লৈবাক ঙাকপনচিংবনি রজ অমসুং তমোগুণ অথোইবা ওইনা মখোয়গী লৈবা মী শিং বৈশ্য ওইখি মখোয়গী থবক্তি লৌউবা লল্লোনবা অসিনচিংবসি অথোইবনি অহুগা তমোগুণমক্তা অথোইবা ওইনা মখোয়গী লৈবা মী শি শূদ্র ওইখি, মখোযগী অথোইবা থবক্তি সেবা তৌবনি।

শ্লোক অসিদা ভগবান্না মশাবু বর্ণ শেম্বা ওইরবসু শেম্বা নত্তে হাযবগী মরমদি অসিনি—মানা বর্ণমক্কুবু শেম্বদ নত্তনা সংসার পুম্নমকসিবু শেমখিবনি, যোক্লিবনি অমসুং মাঙহল্লিবনি। অহুবু মহ পুম্নমক তৌবদা মহাক্তা মায়াবু উপাধি ওইনা লৌই, মহুদগী মংাক বর্ননচিংবা শেম্বা মপুনি হাযনবনি। মায়া উপাধি য়াওদবা অশেংবা মশক্তদি মংাক করিমত্ত তৌদে। মরম অসিনা বর্ণ অশেম্বা ওইরবসু শেমদবা ওইনা অমাঙ-অতা লৈতনা লৈংরায়না ভগবান্না তাকপনি।১৩॥

বর্ণাশ্রমনচিংবা তাইবংপানসিগী কর্ত্তা ওইরবসু কর্ত্তা নত্তে হায়খিবহুবু তশেংনা খঙহন্নবগীদমক শ্রীভগবান্না অমুক হন্না অসুম্না হায়রি—

ন মাং কর্ম্মাণি লিম্পন্তি ন মে কর্ম্মফলে স্পৃহা।
ইতি মাং যোঽভিজানাতি কর্ম্মভির্ন স বদ্ধ্যতে ॥ ১৪ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— কর্ম্মাণি=বর্ণবু শেম্বা, সৃষ্টি তৌবা অসিনচিংবা থবক পুম্নমক, মাং ন লিম্পন্তি—ঐব় শোক্তে (শ্রীভগাবান্দা পক্তে) কর্ম্মফলে=কর্ম্মশিংগী মহৈদা মে ন স্পৃহা—ঐগী খৌরাংবা (মিংৌবা) লৈতে (মরম অসিনা অকর্ত্তা অমস্তুং অভোক্তানি), ইতি=মতৌ অসুম্না, য=মী অহনা মাং—ঐবু (ভগাবানবু) মশামক্কী মশক ওইনা অভিজানাতি=নী থিনা খঙই, স=মহাক অহ কর্ম্মভি ন বদ্ধ্যতে=কর্ম্মশিংনা পুন্দে (কর্ম্মদগী মুক্ত ওই) ॥ ১৪ ॥

অপুনবা অর্থ —বর্ণ শেম্বা সৃষ্টি তৌবা অসিনচিংবা থবক পুম্নমকসি ঐঙোন্দা পক্তে অহগা কর্ম্মশিংগী মহৈ ফংনী বস্তু ঐগী লৈতে। মী অহনা মতৌ অসিগুম্বা ঐবু মশামক্কি হায়না নীংথিনা খঙলবদি মহাকপু কর্ম্মশিংনা পুন্দে ॥ ১৪ ॥

অখুল্পা বা

অজ্ঞাম্না মরম ওইহনা মশাগী মশক খঙদবদগী অন্ত করণ উপাধিগী ধর্ম্মশিংবু মশাগীনি খন্দুনা অহংকার তৌববতদা মহাক কর্ত্তা ওই। শ্রীভগবান্দি মশাবু উপাধিগা লোয়ননা শম্নদে হায়বসি নীংথিনা খঙবদগী কদৌঙৈদস্তু অহংকার তৌদে হায়বদি 'ঐ' 'ঐ' হায়না অভিমান তৌদে। মহাক্কি মতম পুম্নমক্তা ক্রিয়া লৈতনা, মচেৎ লৈতনা মফম পুম্নমক্তা শীন্ন থুংনা লৈরিবনি ক্রিয়া লৈতবা অমস্তুং শীন্ন থু না লৈবা পোৎ কদৌঙৈদস্তু কর্ত্তা ওইবা য়াদে ক্রিয়া (থবক) তৌবা মী কর্ত্তা কৌই শীন্ন থুংনা লৈবা মরমদগী মঙোন্দা লেঙ খোৎপনচিংবা ক্রিয়া লৈত্রবদি মহাক করম তৌনা কর্ত্তা ওইবা য়াগনি? মতৌ অহুম্না ভগবান ভোক্তাস্ত নত্তে, মশাবু কর্ত্তানি খঙহনা থবক তৌরিবা মী অহ থবক অহগী মহৈ চাবা ভোক্তাস্তু ওই কর্ত্তা নত্রবদি ভোক্তা ওইবা য়াদে। শ্রীভগবান্দি কর্ত্তা নত্তবদগী মশাবু ভোক্তাস্তু নত্তে খঙবা মরম্না কর্ম্মগী মহৈদা অপাম্বা অমস্তু মিংহৌবা তৌদে। মহাক্কি মতম পুম্নমক্তা অমাঙ অতা লৈতবা নুংঙাইবগী শক্তমদা লৈরিবনি মাগী শক্তম ওইবা নুংঙাইবা অহুদগী হেনগৎপা অতোপ্পা নুংঙাইবা অমস্তু লৈতে। জীবশিংনা নুংঙাইবা ফংলিবসিদি মাগী (ভগবান গী) শক্তম নুংঙাইবা অহুগী শরুক মচা অমনি। শ্রুতিনস্তু অসুম্না হায়রি— "এতস্যৈবানন্দস্যান্যানি ভুতানি মাত্রামুপজীবন্তি" (বৃ উ ৪।৩।৩২)— "জীব পুম্নমকসি ব্রহ্মগী শক্তম ওইবা নুংঙাইবসিগী শরুক খজিক্কুং লৌরগা মহনা নুংঙাইজহনা লৈ।" মরম অসিনা ঙমখৈ লৈতনা নুংঙাইবগী মশক ওইবা ভগবানগী মরমদা অসুম্না হায়রি— "আপ্তকামস্য কা স্পৃহা (মা কা ১।৯)— "নীংবা পুম্নমক থুংহনা লৈরিবা ভগবানগী মিংহৌবা করম্না ওইগনি।" অসিগুম্বা ভগবানবু মশামক্কি খঙবা মী অহস্তু মশাবু অন্ত করণ উপাধিগা শম্নদে খঙবা মরম্না কর্ত্তা অমস্তুং ভোক্তা ওইদবদগী মহাকপু কর্ম্মনা পুন্দে হায়বসিদা কারিমত্ত চিংনফম লৈতে। মনুনস্তু অসুম্না হায়রি — "সম্যগ্দর্শনসম্পন্নঃ কর্ম্মভির্ননিবদ্ধ্যতে।" (ম স্মৃ ৬।৭৪)— "মশামকপু ব্রহ্মনি হায়না নীংথিনা খঙবা মী কর্ম্মনা

পুন্দুনা লৈতে।" শ্রুতিনস্থু অস্মুম্না তাক্লি — নাত্মানং মাযা স্পৃশতি" ( নৃ পূ উ ।১।৫।১) —"মায়া আত্মাবু শোক্তে।" মরম অসিনা আত্মাবু খঙদবা মীদনা মশাবু কর্ত্তা অমস্থু, ভোক্তানি খন্দুনা অরা নুংঙাই ফংবনি আত্মাবু খংবা মীদি মশামকপু সাক্ষাৎ ভগবানগী মশক্তি লেপ্পা মরমদগী কর্ত্তা অমস্থু, ভোক্তা ওইদবদগী কর্ম্মনা পুন্দুনা লৈতে মহাক মুক্ত ওই ॥ ১৪ ॥

মতৌ অস্মুম্না মোক্ষ ফংনীংবা মীনস্ মশাবু কর্ত্তা অমস্থু, ভোক্তা নত্তে লেপ্তুনা কর্ম্মগী মহৈ পাম্বা থাদোক্লগা অন্তঃকরণ শেংনবা কর্ম্ম তৌগদবনি হায়রি —

এবং জ্ঞাত্বা কৃতং কর্ম্ম পূর্ব্বৈরপি মুমুক্ষুভিঃ ।
কুরু কর্ম্মৈব তস্মাত্ত্বং পূর্ব্বৈঃ পূর্ব্বতরং কৃতম্ ॥ ১৫ ॥

**অন্বয ব্যখ্যা** — এবং=মতৌ অস্মুম্না আত্মা কর্ত্তা অমস্থু, ভোক্তা নত্তে হায়বসি জ্ঞাত্বা =(পরোক্ষ ওইনা) খঙলগা, পূর্ব্বৈ —মমাংদা হৌখিবা, মুমুক্ষুভিঃ অপি=মোক্ষ পাম্বা মী শিংনস্থু, কর্ম্ম কৃতম—কর্ম্ম তৌখি, তস্মাৎ=মরম অসদগী ত্বং—নঙনা পূর্ব্বৈ —মমাংঙৈগী জনক অশ্বপতিনচিংবনা, পূর্ব্বতরং কৃতং=থাংনা মমাংঙৈদগী তৌনরক্লিবা, কর্ম্ম এব কুরু—কর্ম্ম অহুমক্তবু তৌ ( জ্ঞানী নত্রবদি পুক্নীং শেংনবা অহংগা জ্ঞানী ওইরবদি লোকসংগ্রহ তৌনবা নিষ্কাম কর্ম্ম শোয়দনা তৌহনা লৈযু তুমিন্না ফমহনা লৈথোকনু ) ॥ ১৫ ॥

**অপুনবা অর্থ** — মতৌ অস্মুম্না আত্মা কর্ত্তা অমস্থু, ভোক্তা নত্তে হায়বসি খঙলগা অহানবদা হৌখিবা মোক্ষ পাম্বা মী শিংনস্থু নিষ্কাম কর্ম্ম তৌখি। মরম অসিনা নহাকস্থু মমাংঙৈদা হৌখিবা জনক অশ্বপাতনাচংবনা থায়নদগী তৌরক্লবা কর্ম্ম অহুমক্তবু তৌ ॥ ১৫ ॥

নংাক্কী ( ভগবানগী ) য়াথং মতু, ইম্না এনা ( অর্জ্জুন্না ) শোয়দনা কর্ম্ম তৌগনি অহুবু কর্ম্ম তৌবদা "মমাংঙৈদা হৌখিবশি হুনা থায়না তৌখিব কর্ম্ম অহুমক তৌ হায়না করি মরমদগী তাক্লিবনো ? অস্মুম্না অর্জ্জুন্না চিংনরবদা কর্ম্মগী অশেংবা মওঙ খঙবসি য়াম্ন। সুই হায়বসি ভগবান্না তাক্ল —

কিং কর্ম্ম কিমকর্ম্মেতি কবযোঽপ্যত্র মোহিতা ।
তত্তে কর্ম্ম প্রবক্ষ্যামি যজ্জ্ঞাত্বা মোক্ষসেঽশুভাৎ ॥ ১৬ ॥

**অন্বয ব্যাখ্যা** —কিং কর্ম্ম—অশেংবা মওং দা কর্ম্ম করিনো, কিং অকর্ম্ম—মতৌ অস্মুম্না অশেংবা মওঙদা অকর্ম্ম করিনো, ইতি অত্র=মসিগী মরমদা, কবয় অপি=শাস্ত্রবু নীংথিনা খঙবা অমস্থু, লৌশিং শিংবা মী শিংস্থু, মোহিতা —তং তানা লেপ্পা ঙমদহনা শুমহত্তুনা লৈ, তৎ—মরম অসিদগী তে=নংগীদমক, কর্ম্ম ( অকর্ম্মচ ) প্রবক্ষ্যামি=কর্ম্ম অমস্থু, অকর্ম্মগী অশেংবা মওংবু এ নীংথিনা হায়গে ( তাক্কে ) যদ্ জ্ঞাত্বা—মহুবু খঙলগা, অশুভাৎ মোক্ষসে—নঙ, ফত্তবগী (অরাবগী) মশক ওইবা সংসার অসিদগী নাম্থোকপা ( মুক্ত ওইবা ) ঙমগনি ॥ ১৬ ॥

## ভথূপ্পা বা

কর্ম্ম বিকর্ম্ম অমস্তু অকর্ম্ম অহুমনিগী মওঙ খঙবা য়াম্না লুই হায়বগী মরমদি অসিনি— মখোয় অহুম অসি শাস্ত্রম পূম্নমক্কা মওঙ অমত্তদা লৈতে দেশ কালগী মতু-ইন্না মওঙ খেন্ননা লৈ। শাস্ত্রনা তৌ তাকপা কর্ম্ম অহ করিগুম্না মতম অমদা পাপ কর্ম্ম ওই। খুদমগী মশক ওইনা— যাবজ্জীবং অগ্নিহোত্রং জুহুয়াৎ”— “হিংনা লৈরিবা মতম অহক্কী মখৈ দ্বিজনা অগ্নিহোত্র কর্ম্ম তৌহনা লৈগদবনি — হায়বসি বেদনা তাক্‌ক মাস তৌদ্রবদি শোয়দনা পাপ ওইগনি অহবু যুম্মাংবা মতমদা তৌবদি পাপ ওইগন তৌদ্রগা পাপ ওইবাই। “মা হিংস্যাৎ সর্ব্বা ভূতানি — কনাগুম্না পীব অমত্তবু হাত্কনু” হায়না থিংবা মরমদগী হিংসা তৌবসি বিকর্ম্মনি মহ তৌরবদি শোয়দনা পাপ ওইগনি অহবু লৈবাক মুনাগী শায়দুনা লান তাবা মী শিংবু হাত্পদা পূণ্য ওইগনি মখোয়বু হাত্তদূনা হিংনা চেম্নবদি পাপ ওইগান অহগা লান অহ তৌবদা মায় ওন্দনা শিংগ্রবসু পুণ্য ওইগান। হিংনা হাত্না লৈথোকপগী মশক ওইবা অকর্ম্মদা পুণ্য অমসু পাপ লৈতে অহবু তৌগদবা থৌদাত্তুনা লৈবরদি পাপ ওইগান। মবম অসিনা কর্ম্মগী মতমদা কর্ম্মগী থবক তৌবা হৌনে হৌনদে অমনাচ বা খংবসি য়াম্না লনা থোকই। ৭॥

মসারসদা পন্দনা লৈবা দগী নাংহে কুবা কর্ম্মশিংগী অশেংবা মওঙ অহ করিগনা হায়বসি খোক্‌ক ভগবাননা অস্না তাকলি—

কর্ম্মণ্যকর্ম্ম যঃ পশ্যেদকর্ম্মণি চ কর্ম্ম যঃ।
স বুদ্ধিমান্ মনুষ্যেষু স যুক্তঃ কৃৎস্নকর্ম্মকৃৎ॥ ১৮ ॥

শব্দ ব্যাখ্যা — যঃ=মী অহনা কর্ম্মণি=আম্নানা তৌহনা লৈবন্দা লৈ হায়না খঙবা শাস্ত্র অমসুং নিষিদ্ধ কর্ম্মদা (শাস্ত্রনা তৌ তাকপা কর্ম্ম বিহিতনি অহগা তোগনু তাকপা কর্ম্ম নিষিদ্ধনি মসি বিকর্ম্মনি) অকর্ম্ম পশ্যেৎ=কর্ম্ম নত্তে হায়না যেংই (খঙই) যঃ চ=অহগা মী অহনা অকর্ম্মনি=তুমিন্না ফমদুনা লৈবনচিংবা অকর্ম্মদা কর্ম্ম পশ্যেৎ=কর্ম্মনি হায়না যেংই (খঙই, সঃ=মহাক অহ মনুষ্যেষু=মীওইবশিংগী মনুংদা বুদ্ধিমান=য়াম্না লৌশিং শিংবা মীনি, সঃ যুক্তঃ=মহাক কর্ম্মযোগীনি কৃৎস্নকর্ম্মকৃৎ=কর্ম্ম পুম্নমকপুম্ন তৌবা মীনি ॥ ১৮ ॥

অপুনবা অর্থ — মী অহনা আম্নানা তৌই খঙহনা মভোন্দা লৈবা কর্ম্মদা কর্ম্ম নত্তে খঙই অহগা কর্ম্ম নত্তে খঙনরিবা তুমিন্না লৈবনচিবা অকর্ম্মদা কর্ম্মনি হায়না খঙই, মহাক অহ য়াম্না লৌশিং শিংবনি, মহাক কর্ম্মযোগীনি অমসুং কর্ম্ম পুম্নমকপু তৌবা মীনি ॥ ১৮ ॥

## অথপ্পা বা

আম্নাগী মশক খঙদবা অজ্ঞানীশিংনা শাস্ত্রনা তৌ তাকপা কর্ম্ম (বিহিত কর্ম্ম), তৌগনু তাকপা কর্ম্ম (নিষিদ্ধ কর্ম্ম নত্রগা বিকর্ম্ম) অমসুং ব্যবহারদা তৌরিবা থবক (কর্ম্ম) মসি

পুম্নমকসিবু আত্মানা তৌবনি হায়না খঙই। মদুদগী মখোয়না পুণ্যগী থবক তৌরবদি আত্মাবু পুণ্যবাম্নি (পুণ্য লৈবনি) নী৲ই পাপকী থবক তৌরবদি পাপীনি (পাপ লৈবনি) খল্লী অদুগা ব্যবহারগী থবক তৌবদগী অৱা নু৲ঙাই ফ৲লবদি আত্মা রায় অমসুং নু ঙাই হায়না লেপ্পী। মতৌ অসুম্না শাস্ত্রনা তৌ তাকপা অমসুং তৌগনু থি৲বা থবক অদুগা ব্যবহারদা তৌনরিবা থবক পুম্নমকসিবু আত্মানা তৌদুনা মঙোন্দা (আত্মাদা) লৈ হাযবসিদা অজ্ঞানীশিং না করিমত্ত চিংনদে। অদুবু আত্মাদি মফম পুম্নমক্তা মতম পুম্নমক্তা অমসুং পোং পুম্নমক্তা শীন্ন থ৲না লৈবা মরমদগী নিষ্ক্রিয়নি, মহাক থবক অমত্ত তৌদে অমসুং মঙোন্দা থবকসু লৈতে। শ্রুতিনসু অসুম্না হায়রি—"নিষ্কলং নিষ্ক্রিয়ং শান্তম্" (শ্বে উ ৬।১৯)—"আত্মাদা মচেং মশু৲ (মচেং মকায) লৈতে, ক্রিয়া (থবক) লৈতে অমসুং পাপ পুণ্য লৈতে (শান্তনি)। মরম অসিনা মীনা আত্মাদা কর্ম্ম উরিবসি খঙদবদগী তৌবনি। উরিবা অমসুং খঙলিবা থবক পুম্নমক অদুদি হকচাং অমসুং ইন্দ্রিয়নচি৲বা পুম্নমক অসিনা তিল্লগা তৌবনি মখোযতদা থবক পুম্নমক লৈরিবনি। অদুবু খঙদবদগী মীনা হকচাং ইন্দ্রিয়নচি৲বদা লৈবা থবকশি৲দুবু আত্মাদা আরোপ তৌরগা আ াগীনি নী৲ই (অতোপ্পদা ওইবা পো অমসু ধর্ম্ম বু অতোপ্পা অমদা য়ে বা উবসি আরোপনি) মরম অসিদগী আত্মাদা উরিবা কর্ম্ম অদুদা কর্ম্ম নত্তে (অকর্ম্মনি) খঙলবদি মী অদুবু শোযদনা লৌশি৲ শি৲ই হায়ফম থোকই। খর্দমগী মশক ওইনা মসিবু অসুম্না খঙসি — হি তো৲দুনা চৎপা মীনা তুরেল মপান্দা হৌদুনা লৈবা উ বাশি বু মনী৲লোমদা (মতু৲লোমদা) চৎলী শাযনা উই (উ রাশি৲দা চৎপগী মশক ওইবা কর্ম্ম লৈ হায়না খঙই) অদুবু খঙলিবা অ২দি অরানবনি চৎপগী মশক ওইবা কর্ম্ম অদুদি হি তদা লৈ, উ রাশি দুদা লৈতে। মরম অসিনা উ রা শি দা উরিবা চৎপগী মশক ওইবা কর্ম্ম অদুদা কর্ম্ম নত্তে (অকর্ম্ম নি) খঙবা মীবু শোযদনা লৌশি শি বনি হায়গদবনি অদুগা উ রাশি৲দুদা চৎপগী কর্ম্ম লৈ খঙবা মীদি অপঙবা অজ্ঞানীনি। মতৌ অসুম্না আত্মাদা উরিবা কর্ম্মদা কর্ম্ম নত্তে (অকর্ম্ম নি) খঙবা মী শোয়দনা লৌশি শি বা ওইগনি অমসুং জ্ঞানী ওইগনি অদুগা মহাক মশাবু কর্ত্তা অমসুং ভোক্তানি খঙদবদগী অমসুং কর্ত্তা ভোক্তদি অস্তু কণনচি বনি খঙবদগী কর্ম্ম তৌদুনা লৈবা নিষ্কাম যোগীনি অমসু আত্মাগী মীৎয়ে৲দা মহাক অমত্ত তৌদ্রবসু থবক পুম্নমক তৌবা মীনি।

মসিগী মতৌগুম্না জ্ঞান তাদবা অমসুং খঙদবা মীনা তুমিন্না কমদূনা লৈবনচি ববু অকর্ম্ম নি (কর্ম্ম নত্তে) হায়না খঙই। মসিসু অরানবনি মরমদি যম্বা অ২সু কর্ম্ম অমনি অদুগা তুমিন্না লৈবা অদুসু কর্ম্ম অমনি, মসি পুম্নমক অসিবুসু হকচাং অমসুং ইন্দ্রিয়শিং না তৌ২না লৈরিবনি মখোয় মীৎকুপ অমত্তং যাওবা কর্ম্ম তৌদনা লৈবা ঙমদে। মসিবু ভগবান্নসু মথক্তা হাযখ্রে —"ন হি কশ্চিৎ ক্ষণমপি জাতু তিষ্ঠত্যকর্ম্মকৃৎ" (গী ৩।৫) মরম অসিনা জ্ঞান লৈতবা মীনা অকর্ম্ম নি হাযরিবদুবু কর্ম্ম নি খঙবা মী, শোয়দনা লৌশি৲ শি৲বা ওইগনি। মতৌ অসুম্না

আত্মাদা কর্ম্ম অমত্তা লৈতে, বিহিত অমসুং নিষিদ্ধ (কর্ম্ম অমসুং বিকর্ম্ম) অমীমক হকচা ইন্দ্রিয়নচিংবগীনি, নিষ্ক্রিয় ওইবা আত্মাগী নত্তে, অদুগা অকর্ম্মস্তু কর্ম্মমক্তি হায়না কর্ম্ম, বিকর্ম্ম অমসু অকর্ম্মগী অশেংবা মশক মওঙ খঙবা মী অদু জ্ঞান যংদুনা শোয়দনা মোক্ষ ফংগনি। এবম অসিদগী শ্রীভগবান্না অহানবদা 'যজ্জ্ঞাত্বা মোক্ষ্যসেঽশুভাৎ' (৪/১৬) হায়দুনা সংসারদগী নান্থোকপা ঙমগনি তাকখিবনি। মসি নত্তনা কর্ম্মগী অতোপ অতোপ্পা মওঙ খঙবদগীদি কদৌঙৈদসু সংসারদগী লান্থোকপা ঙম্মোই। অচম্বা ওইনা তৌফম থোকপা কর্ম্মশিংগী মওঙ খঙনবা যোংনবদি অন্তঃকরণ শেংনবা মঙ তৌবা মতমদা পাপ ওইদনবগীদমক্তি ঈতৌ তৌদনা কর্ম্মশিংদুগী মওঙ খঙবমক্তদা অশুভ সংসারদগী নান্থোকপা ঙমগনি হায়বসিদি ওইথোক্কবনি। ॥ ১৮ ॥

মতৌ অসুম্না কর্ম্মনচিংবদা অকর্ম্মনচিংবা য়েংবা (উবা) মীবু থাগৎনা ভগবান্না অসুম্না যরি—

যস্য সর্ব্বে সমারম্ভা কামসংকল্পবর্জ্জিতাঃ।
জ্ঞানাগ্নিদগ্ধকর্ম্মাণং তমাহুঃ পণ্ডিতং বুধাঃ ॥ ১৯ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — যস্য মী অদুগী (কর্ম্মদা অকর্ম্ম অমসুং অকর্ম্মদা কর্ম্ম য়েংদুনা আত্মাগী অশেংবা মশক খঙলবা মীদুগী), সর্ব্বে সমারম্ভা = থবক পুম্নমক্তা (শাস্ত্রনা তাক্লনা তৌরিবা থবক অমসুং ব্যবহার চনবা তৌরিবা থবকশিংদা) কামসংকল্পবর্জ্জিতা = মহৈ পাম্বা অমসুং অতৌবনি হায়না অভিমান তৌবা (চাউথোকপা) অনী অসি লৈতে তং = অসিগুম্বা মীবু, জ্ঞানাগ্নিদগ্ধকর্ম্মাণাং = কর্ম্মনচিংবদা অকর্ম্মনচিংবা য়েংবগী (খঙবগী) মশক জ্ঞান ওইবা মৈনা অফ ফত্ত (পাপ পুণ্য) কর্ম্ম পুম্নমক চাকখ্রবা, পণ্ডিতং = পণ্ডিতনি (আত্মাবু খঙবা মীনি) বুধা আহু = তত্ত্বজ্ঞানীশিংনা হায়। ১৯।

**অপুনবা অর্থ** — মী অদুগী শাস্ত্র অমসুং ব্যবহারগী থবক পুম্নমক্তা মহৈ পাম্বা অমসুং অতৌবনি হায়না মশাদা চাউথোকপা লৈতে (মানা মশাবু অভোক্তানি খঙই) অসিগুম্বা মীবু ব্রহ্মজ্ঞানীশিংনা জ্ঞানগী মশক ওইবা মৈনা পাপ পুণ্য কর্ম্ম পুম্নমক চাকখ্রবা আত্মাবু খঙবা পণ্ডিতনি হায় ॥ ১৯ ॥

কর্ম্মদা অকর্ম্ম অমসুং অকর্ম্মদা কর্ম্ম য়েংবা মরমদগী জ্ঞানগী মশক ওইবা মৈনা অফ ফত্ত কর্ম্ম পুম্নমক চাকখ্রবা মী অদুনা লোকসংগ্রহনচিংবা তৌনবগীদমক করিগুম্বা কর্ম্ম তৌদুন লৈরবসু মংাক অকর্ত্তানি (অতৌবা নত্তে) হায়বসি হৌজিক ভগবান্না তাক্লি —

ত্যক্ত্বা কর্ম্মফলাসঙ্গং নিত্যতৃপ্তো নিরাশ্রয়ঃ।
কর্ম্মণ্যভিপ্রবৃত্তোঽপি নৈব কিঞ্চিৎ করোতি সঃ ॥ ২০ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** ঃ— কর্ম্মফলাসঙ্গং=কর্ম্ম তৌবগী অভিমান অমসুং তৌরিবা কর্ম্মগী মহৈ পাম্বা অনীসিবু ত্যক্ত্বা=থাদোক্লগা নিত্যতৃপ্ত=মতম পুম্নমক্তা পেন্দুনা লৈবা নিরাশ্রয়=কনা অমত্তগীসু মতেং লৌদবা স=আত্মাবু কর্ত্তা অমসুং ভোক্তা নত্তে খঙলবা মী অহ, কর্ম্মণি=কর্ম্ম তৌবদা অভিপ্রবৃত্ত অপি=নীংথিনা চঙহুনা লৈববসু কিঞ্চিৎ=করিমত্ত, ন এব করোতি=তৌদনমক লৈ ॥১॥

অপনবা অ — কর্ম্ম তৌবগী অভিমান অমসুং মহৈ পাম্ববু থাদোক্লগা মতম পুম্নমক্তা পেন্দুনা লৈবা অমসু কনা অমত্তগীসু মতে লৌদবা আত্মজ্ঞানী ওইবা মী অহ কর্ম্ম তৌবদা নীংথিনা চঙহুনা লৈববসু করিমত্তা তৌদামক লৈ ॥ ২ ॥

অহাপ্পা ৱা

আত্মাবু নিষ্ক্রিয়নি খঙবা মীনা ৱবিগুম্বা থবক অমা তৌবা মতমদা অতৌবা আত্মানি হায়বসি কদৌদৈদসু খল্লোই মাগী মীংযেংদা অতৌবদি হকচা অমসুং ইন্দ্রিয়শিংনি। সূপ্পা হকচা নচিবা উপাধিশিংগা শমবগুম তৌবদগী উপাধিশিংগী ধর্ম্ম লৌহুনা আত্মা অতৌবগুম উবদনি। উপাধিদি মাগী মনাক্তা লৈবা অতোপ্পা পোৎ অমদা মাগী ধর্ম্মশিং উহনবা ঙম্বা পোৎ অমনি। অতুম্বা যোংকা শম্নহুনা লৈবা মৈ …ক …উই অশাংবা য়োংকা শম্নহুনা লৈবা মৈ শানা উই, অশেংবমক্তি মৈদা অতুম্বা অমসুং অশাংবা মওঙ লৈতে, মতদি উপাধি ওইবা য়োংকী মওঙনি অহুবু খঙদবা মীনদি অতুম্বা মৈ, অশাংবা মৈ, অসিনচিবা হায়। মতৌ অহুম্না আত্মাগী উপাধি ওইবা হকচাংনা চংলগা আত্মা চৎনী মীংনা যেংলগা আত্মানা যেংঙি নাকোংনা তারগা আত্মানা তায, মননা খল্লগা আত্মানা খল্লী অন্ত করণনা অৱা নুংঙাই ফংলগা আত্মানা ফংঙি অসিনচিংবা পুম্নমকসি ব্যববাবদা চংনবনি অহু অশেংবা মওংদদি আত্মা করিমত্তা তৌদে, চাদে তাদে খন্দে অমসুং অৱা নুংঙাই ফংদে মাদি মতম পুম্নমক্তা মশাগী মওংদা কায়দনা লৈরিবনি। ফীবমসিদা অতোপ্পা অজ্ঞানীশিংনা মাবু ( আত্মজ্ঞানীবু ) তৌই হায়না উরবসু মাগী মীংযেংদদি আত্মা কদৌদৈদসু তৌদে। মরম অসিনা কর্ম্ম তৌহুনা লৈরবসু মহাক করিমত্ত তৌদে হ যনা ভগবান্না তাকপনি ॥ ১ ॥

নিষ্ক্রিয় আত্মাতত্ত্ববু নীংথিনা খঙলবা মী অহনা করিগুম্বা কর্ম্ম তৌহুনা লৈনিংদবা থোক্লবদি সন্ন্যাস ধর্ম্ম লৌরগা সূপ্পা হকচাং চংনবা থবক তৌরগা অরেম্বা মতমদা আত্মচিন্তন তৌহনা লৈ হায়বসি হৌজিক ভগবান্না তাক্লি—

নিরাশীর্যতচিত্তাত্মা ত্যক্তসর্ব্বপরিগ্রহ ।
শারীরং কেবলং কর্ম্ম কুর্ব্বন্নাপ্নোতি কিল্বিষম্ ॥ ২১ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** ঃ— নিরাশী=সংসারগী পোৎশিংদা অপাম্বা লৈত্রবা মরম অসিদগী— ত্যক্তসর্ব্বপরিগ্রহ=দান নচিংবা লৌহুনা পোংশিংবু খোমজিন্দ্রবা, যতচিত্তাত্মা=পুৱীং, হকচা

**অমসু, ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশিন্দুনা থম্লবা নত্রগা—পূক্নী বু আত্মাদা থিংজিন্দুনা থম্নবা সন্ন্যাসী অহনা,** কেবলং—সূপ্না, শারীরং কর্ম—হকচাংদবু হিংহনা থম্নবা থবক ( ভিক্ষা তৌবনচিংবা ), কুর্ব্বন—তৌহনা লৈরগা, কিল্বিষং—পাপ পূণ্যগী মশক ওইবা সংসারসিবু, ন আপ্নোতি—ফংদে (অতোপ্পা মপোক অমা য হনা সপাবা লাক্রে ) ॥ ২১ ॥

অপুনবা অর্থ — সপাবী পো শিংদা অমাম্বা লৈত্রবা দান লৌবনচিবা পূম্নমক থাদোক্লবা মতম পুম্নমক্তা পূক্নীং হকচাং অমসু ইন্দ্রিয়শিংবু লাকাশিন্দুনা থম্লবা নত্রগা পূক্নীংবু আত্মচিন্তন তৌবদা থিংজিন্দুনা থম্লবা সন্ন্যাসী অহনা সূপ্না হকচাং হিংহনা থম্নবা থবক তৌহনা লৈরগা পাপ পূণ্যগী মশক ওইবা সংসারসিবু ( অমুক শা ) ফংদে ॥ ২১ ॥

অথূপা হা

শ্লোক অসিদা লাকইবা "শারীরং কেবলং কর্ম কুর্ব্বন্ অসিগী অর্থ কনা কনাগুম্বনা সূপ্না হকচাংদগী ওইগদবা থবক তৌহনা লৈরগা" অসু। তৌই। মতৌ অসুম্না অর্থ তৌ বাদ অযবা নত্রগা ফত্তবা থবক ওইরবসু হকচাংদগী তৌবা থবক পূম্নমক্তা পাপ ওইরোইরা বনি ভগনাদা তাকই হাযবা তাই অহগা পূক্নীং অমসুং বাইনা তৌবা পাপ পূণ্যগী থবকশিংদি পাপ ওইগনি হাযবা তাই মরমদি সূপ্না হকচাংদগী ওইগদবা থবক পাপ ওইদে" হায়বসিদা "সূপ্না" হায়রিবা ৱাহৈসিদগী অর্থ অসি থোকই নত্রবদি "সূপ্না" হাযবসি অরেম্বদা তাগনি। মরম অসিনা "শারীরম গী অর্থ হকচাং হিংহনা লেবা যাবা" অসুম্না লৌগদবনি। মসিগী মরমদা ভাষ্যকার শ্রীমদ্ভগবৎপাদাচার্য্য শঙ্করনা যাম্না নীংথিনা বিচার তৌহনা তাকই ॥ ২১ ॥

কচাংদবু হিংহনা থম্নবা থবক তৌহনা লৈরগা আত্মচিন্তন তৌরিবা সন্ন্যাসী অহনা করম তৌনা লৈহনা সংসারদগী মুক্তি ফংই হাযবসি ভগবান্না অসুম্না তাক্লি—

যদৃচ্ছালাভসন্তুষ্টো দ্বন্দ্বাতীতো বিমৎসর।
সম সিদ্ধাবসিদ্ধৌ চ কৃত্বাহপি ন নিবদ্ধ্যতে ॥ ২২ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — যদৃচ্ছালাভসন্তুষ্ট =ৱাখল নবা তোদনা ফংবা পোৎ শিংদগী পেন্দুনা লৈবা দ্বন্দ্বাতীত —অঙৈ অশা, অৱা নুংঙাইনাচিংবা ফাইবোকশিংদগী লান্থোক্লবা ( মখোইনা মথাকপু তপথহন্দবা ওমদ্রবা ) বিমৎসর =অতোপ্পগী ফংবদা অসুংয়া মাইথিবা ফংদবদা কল্লক মিহৌ লৈত্রবা মরম অসিনা—সিদ্ধৌ—ফংবদা অসিদ্ধৌ চ=অমসুং ফংদবদা সম =পুক্নীং চপ মান্নবা লৈবা (ফংবদ নুংঙাইবা অমসু ফংদবদা নুংঙাইতবা লৈতবা ) মশাক কৃত্বা অপি=হকচাংদবু হিংহনা থম্নবা ভিক্ষানচিংবা থবক তৌহনা লৈরবসু, ন নিবদ্ধ্যতে=মশাবু করিগুম্বা অমসুং ভোক্তা নত্তে থওবদগী সংসারসিদা কম্ম না পুন্দুনা লৈতে। ২২ ॥

**অপুনবা অর্থ** —হোৎ নক্রুদনা ফংবা পোৎ শিংদগী পেন্দুনা লৈবা অঙৈং অশা অৱা নুংঙাইনচিংবা ফাইবোকশিংদগী লান্থোক্লুনা লৈবা কল্লক মিহৌ লৈতবা, মরম অসিদগী অফংদবদা

চপ মান্নবা পূর্ক্সী থম্না সন্ন্যাসী অহু হকচাংদবু হিংহুনা থম্নবা থবক তৌহনা শৈরবস্মু সংসারসিদা পুন্দুনা লৈতে ॥ ২২ ॥

**অর্থপ্রকাশ**

মযম অসিদা "যদৃচ্ছালাভ হোৎনবা তৌদনা দৈবযোগতগী ফংবা পো হায়রিবা অসিস্মু শাস্ত্রনা তাকপা মতুং ইন্না ফংহৈবা পোত্তবু লৌগদবনি ফংহৈদবা পোৎপুদি থাদোকদবনি। অহুগা হোৎনবা তৌদনা ফংদবা থোক্লবদি হকচা বু হিংহুনা থম্নবা হোৎনবদা চঙগদবা পোৎশিংবু ফ নবা ভিক্ষা তৌবনচিংবা থবক তৌগদবনি। মরম অসিনা সন্ন্যাসীগীদমক **"ভৈক্ষং চরেৎ"** হায়দুনা শাস্ত্রনা বিধান তৌরগা অস্মুন্না হাযরি— **"অযাচিতমসংক্লৃপ্তমুপপন্নং যদৃচ্ছয়া"** ("বোধায়নধর্ম্ম" সূ ২১।৮।১২)— "নীবা তৌদনা অাস্মু ফংগে হাযনা লেপ্পা তৌদনা দৈবযোগতগী ফংবা পো শিংবুস্মু লৌগদবনি।" মসিগী মথাদা নারদ পরিব্রাজকোপনিষত্তস্মু অস্মুন্না হায়রি— **"অযাচিতং যথালাভং ভোজনাচ্ছাদনং ভবেৎ"** ॥ (৫।৪) "নিদনা ফংবা পোৎশি অহু শেংন চা-নবদা শীজিন্নগদবনি।" মতৌ অস্মুন্না ভিক্ষানচিংবা তৌহুনা লৈরগা অঙৈ অশা অরা-অনা খাঙদুনা লৈবা অসিস্মু যান্না কনবা তপ অমনি। মসি নীথিনা খাঙবা ঙম্লবতদা আত্মচিন্তন মপুং ফানা তৌবা ঙম্মী। মসিবু অস্মুন্না হাযরি— **"সর্ব্বদ্বন্দ্বৈর্বিনির্মুক্তোব্রহ্মণ্যেবাহবতিষ্ঠতে"** (না প উ ৩/৫২) —"অঙৈং-অশানচিংবা দ্বন্দ্বশি সিদগী লাংথোক্লবতদা আত্মাগী মশক ওইবা ব্রহ্মদা পূর্ক্সী থিংজিন্দনা থম্না ঙম্মী।"

মতৌ অস্মুন্না মথক্তা হাযরিবা ভিক্ষা তৌবনচিবা থবক পম্নমকসি অতোপ্পা মীনা য়েংবদা সন্ন্যাসী অহুনা তৌই হায়না উই অহুবু সন্ন্যাসী অহুনদি মশাবু কর্ত্তা অমস্মুং ভোক্তা নত্তে খঙবদগী মানা করিমত্ত তৌদে লেপ্পী। মরম অসিনা মানা মহু পূম্নমক তৌহুনা লৈরবস্মু মহাক কর্ম্মনা পুন্দুনা লৈতে। অহগা অজ্ঞানী ওইবা মীনা তৌরবদি মানা মশাবু কর্ত্তা অমস্মু ভোক্তানি খঙবদগী তৌরিবা কর্ম্ম পুম্নমক অহুনা মাবু শোয়্না পুন্দুনা থমগনি। মসিনি জ্ঞানী অমস্মুং অজ্ঞানীদা খেন্নবা হায়বহু মপান্থোংদদি থবক তৌবা মতমদা অনী অসিদা করিমত্ত খেন্নদনা উই। ২২।

পোৎ চৈ লৌশিন তানশিনবা থাদোক্তুনা দৈবযোগতগী ফ বা পো শি না পেন্দুনা লৈবা জ্ঞানী ওইবা সন্ন্যাসীনা হকচাংদবু হি হুনা থম্নবগীদমক ভিক্ষানচি বা তৌবিবা থবকশিংনা মাবু সংসারসিদা পুন্দুনা থমদে হাযরবদি গৃহস্থ ওইনা (যুগ্মান্দুনা) লৈবিবা জ্ঞানী ওইবা মীশিংনা তৌরিবা থবকশিং অহুদি মখল মথা অযাম্বা পোৎ চৈ তানশিন্নবা মরম ওইবদগী মখোয়বু শোয়দনা সংসারদা পুন্দুনা থমগনি হায়না চিংনরবদা, মখোযনা অহুবু মইহ পামদনা, সূপ্পা তৌবা হৌনৈ হাযদুনা তৌবা মরনদগী মখোযবুস্মু কর্ম্মশিং অহুনা পুন্দে হায়বসি হৌজিক ভগবান্না তাক্লি—

গতসঙ্গস্য মুক্তস্য জ্ঞানাবস্থিত চেতসঃ।
যজ্ঞায়াচরত কর্ম্ম সমগ্রং প্রবিলীয়তে ॥ ২৩ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা**ঃ— গতসঙ্গস্য = তৌরিবা কর্ম্ম শিং অদুগী মহৈ পামদ্রবা, মুক্তস্য = মশাবু কর্ত্তা অমসুং ভোক্তা নত্তে খঙহনা মুক্ত ওইরবা, জ্ঞানাবস্থিতচেতস = ব্রহ্ম অমসুং আত্মাগী অমত্ত ওইনা খঙবগী মশক ওইবা জ্ঞানদা পুক্নীং থিংজিন্দুনা থম্লবা, অদুগা— যজ্ঞায় = শীন্নথুংনা লৈবা ভগবান বিষ্ণুগীদমক মঙোন্দা কথোক্লগা নত্রগা কর্ম্ম শিংবু ঙাক্লবগীদমক লোকসংগ্রহ তৌনবা আ বত = কর্ম্ম তৌদুনা লৈরিবা মী অদুগী সমগ্র কর্ম্ম = কর্ম্ম পুম্নমক মহৈগা লোয়ননা প্র বলীয়তে = পুম্নাঙ মাঙই (মখোয় সংসার ফংনবা মরম ওইদে) । ২ ।

**অপুনবা অর্থ** — তৌরিবা কর্ম্মশিং দুগী মহৈ পামদ্রবা মশাবু কর্ত্তা অমসুং ভোক্তা নত্তে খঙলবা ব্রহ্মমক আত্মান হায়না খঙবগী মশক ওইবা জ্ঞানদা পুক্নীং থিংজিন্দুনা লৈবা অদুগা ভগবান বিষ্ণুদা কথোক্লুনা ত্রগা লোকসংগ্রহ তৌদুনা কর্ম্মশিংবু ঙাক্লবগীদমক কর্ম্ম তৌরিবা মী অদুগী কর্ম্ম পুম্নমক মহৈগা লো ননা পুম্নাঙ মাঙই (কর্ম্মশিংদু মাগী সংসারদা পুযবা মরম ওইদে)। ৩।

**অথুপ্পা বা**

কনাগুম্বা মরাইবক ফবা মীনা অ ানবা মপোক্তা তৌজখিবা উপাসনা অমসুং নিষ্কামকর্ম্মদগী নত্রগা মপোকসিদা তৌজবা উপা না অমসুং নিষ্কামকর্ম্মদগী অন্তকরণ শেংদুনা ব্রহ্মগী মশক ওইবা আত্মাবু খঙলগা যম্নান্দুবা লৈবা থোক্লবসু মানা মতম অদুদা তৌরিবা কর্ম্মশিংদু সংসারসিদা অমুক ন্না থাবু পুন্দুনা থম্লবা মরম ওইদে। মরমদি মানা মশাবু কর্ত্তা অমসুং ভোক্তা নত্তে খঙবদগী কর্ম্মশিং অদুগী মহৈ পামদে মহৈ পাম্লবতদা কর্ম্ম সংসারগী মরম ওই, মহৈ পামদ্রব দ ওইদে। শ্রুতিনসু অসুম্না হায়রি— "সঙ্গত্যাগং বিদমোক্ষং সঙ্গত্যাগাদজন্মতা।" (অন্ন উ ৫। ৪) কর্ম্মগী মহৈ থাদোকপবু (পামদববু) মোক্ষনি খঙউ অদুগা কর্ম্মগী মহৈ থাদোকপদগী মপোকসু ওইদে (পোক্তে)। মরম অসিনা কর্ম্মগী মহৈ থাদোক্লগা যজ্ঞো বৈ বিষ্ণু" (তৈ স ১/৭/৪)— অসুম্না বেদনা তাকপগী মতুং ইন্না যজ্ঞগী মশক ওইবা ভগবান বিষ্ণুগীদমক তৌরিবা কর্ম্মশিংদু কদোইঙেদসু সংসার ফংনবগী মরম ওইরোই। মরম অসিদগী জ্ঞানী ওইরগা যুমবান্দুনা লৈরবসু জ্ঞানগী ম ক ওইবা মৈনা অজ্ঞানগা লোযননা কর্ম্ম পুম্নমক চাকথোকখিবা মরমদগী প্রারব্ধ কর্ম্ম লোইবমক্তদা মী অদু মাগী শক্তম ব্রহ্মদা তিন্দুনা মতম পুম্নমক্তাদমক মুক্ত ওই। অসিগুম্বা মীগীদমক শ্রুতিনা অসুম্না হায়রি-- "তেষাং ন পুনরাবৃত্তি" (বৃ উ ৬। ২। ১৫)— মখোয়গী অমুক হন্না মপোক ওইদে।" "ন চ পুনরাবর্ত্ততে" (ছা উ ৮। ১৫। ১) "অমুক হন্না সংসারদা হল্লক্তে।" । ২৩ ॥

অজ্ঞানীশিংনা নিষ্কামভাবতা তৌরিবা কর্ম্মশিং অদুদি জ্ঞান ফংনবগী মরম ওই, অরেম্বদা মাঙদে অদুবু জ্ঞানীশিংনা তৌরিবা কর্ম্মশিংদু মহৈ পীদনা করম্না মাঙগনি হায়না চিংনরবদা মদুগী পাউখুম ব্রহ্ম খঙদুনা অজ্ঞান মাঙখিবদগীনি হায়না ভগবান্না পীরি—

ব্রহ্মার্পণং ব্রহ্ম হবির্ব্রহ্মাগ্নৌ ব্রহ্মণা হুতম্।
ব্রহ্মৈব তেন গন্তব্যং ব্রহ্মকর্ম্মসমাধিনা ॥ ২৪॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — অর্পণং (অর্প্যতে অনেনেতি অর্পণং)—দেবতাশিংগীদমক হবি কংনবা সাধন চমস জুহূ স্রুবনচিংবা মখল মখা অযাম্বা মওঙগী উনা শাবা কসী অদুগা হবি কংপা মতমদা শোনবা মন্ত্র (অর্প্যতে অস্মৈ ইতি অর্পণং)—কংলিবা হবিবু লৌরিবা দেবতাশিং অর্প্যতে অস্মিন্নিতি অর্পণং)— বি কংনবা মতম অমসুং মফম (মসি পূম্নমকসি অর্পণগী অর্থ ওইবা যাই), মবন অসিনা হায়বিবা পূম্নমক অসি ব্রহ্ম—ব্রহ্মনি (ব্রহ্মদগী অতোপ্পা নত্তে থোরা মকক্তা লিল উবগুম্না মঙোন্দা উবনি) হবি =চেঙ থোযদিং, ঘীনচিংবা ক লিবা পো শিং অদুসু ব্রহ্ম=ব্রহ্মমক্তি ব্রহ্মাগ্নৌ=ব্রহ্মগী মশক ওইবা মৈদা ব্রহ্মণা=ব্রহ্মমক ওইবা যজমান অমসুং ঋত্বিকশিংনা (যজ্ঞ তৌবিবা বামনশিংনা) হুত =হোম পীবনি মদুসু হোমক্রিয়াদুসু ব্রহ্মনি তেন=পীরিবা মোগ অদুদগী ব্রহ্মকর্ম্মসমাধিনা=ব্রহ্মগী মশক ওইবা কর্ম্মদা পুক্নিং থাজিন্দুনা থমলিবা যজমান অদুনা গন্তব্যং=যংগদবা মহৈ অদুসু ব্রহ্ম এব=ব্রহ্মমক্তি ॥ ২৪ ॥

অপূনবা অর্থ — হোম পীনবা সাধন স্রুব জুহূনচিংবা পূম্নমক ব্রহ্মনি চেঙ থোযাদংনচংবা হোম পীনবা পোৎ পূম্নমকসু ব্রহ্মনি ব্রহ্মগী মশক ওইবা মৈদা ব্রহ্মনক ওইবা যজমান অমসু ঋত্বিকশিংনা পীরিবা হোমক্রিয়া অদুসু ব্রহ্মনি হোমক্রিয়া অদুনা মরম ওইদুনা ব্রহ্মণা মশক ওইবা কর্ম্মদা পুক্নিং থাজিন্দুনা থম্লিবা যজমান অদুনা যংগদবা মহৈ অদুসু ব্রহ্মমাক্ত ॥ ২৪ ॥

অথুপ্পা ৱা

তাইবংপান পূম্নমকসি মায়ানা মরম ওইদুনা মযাম ওইনা উবদনি অশংবমক্তি অনীংবা পোৎ লৈতবা ব্রহ্ম নঙনা অতোপ্পা নত্তে মঙোন্দা আরোপ তৌরগা মযাম ওইবগুম তোবনি। মরম আসনা উরিবা পোৎ পূম্নমকসি মিথ্যানি (উরবসু অমসুং গজিনরবসু মতম অদুমক্তা লৈতবা পোৎনি) সুপ্না ব্রহ্মমক্তা লেঙদনা লৈবা পোৎনি। মসিবু না থিনা খঙনবগীদমক মঙগী খুদম তৌস—তুম্বনা মরম ওইদুনা মঙদা অমত্তৈবা জীবাত্মাবু মযাম ওইনা উং মতম অদুদা মী লীশী, নীশী, চৎ খোত্তনা লৈ উরা, যুম কৈ চীংবরেন অসিনচিংবা পো পূম্নমকসু ৱাত্তনা লৈ মদুদা কনানা মচা পোকপদগী হরাউই, কনা অমনা মতূ িবদগী কপ্পী কনানা চার থক্ক তৌদুনা নু ভাইনা লৈ, কনা অমনা থবক ঈনখাং তৌদুনা লৈ। মতৌ অসুম্না মতম অদুদা থোকইবা থোদোক পূম্নমক অদুবু মতম অদুদা লৈরিবা কনাগুম্বা মী অমত্তনা মিথ্যানি হায়দে,

পুম্নমক অচুম্বনি হায়না চংলী অমস্তু তৌগদবা মথৌ তৌহনা লৈ। মসিদা ঐথোয়না বিচার তৌগদবদি অসিনি— ভূমদ্রিঙৈগী মমাঙদা লৈরম্বা জীবাত্মা অমত্তং অহ ভূমদূনা মঙমঙবা মতমদা জীব ময়াম ওইখ্রে, জীব ময়াম অহদা নত্তুন যুম কৈ, চান থক্কবা পোং লৈনচিংবা পো পুম্নমকসু ওইখ্রে অহুবু অশেংবা মগুনদা য়েংলবদি মংদা উরিবা জীবশি অমস্তং পোং পুম্নমক অহ ভমাদ্রঙৈগী মমাঙদা হৌদূনা (ভমদনা) লৈরম্বা জীবাত্মা অমত্তং অহুনি, মহুদগী অতোপ্পা অমা নত্তে সুপ্পা হৈনা মরম ওইহনা মঙোম্দা মযাম ওইনা উবদনি অশেংবদি অনীশুবা লৈতবা জীবাত্মা অমত্তুনি। মতৌ অসুম্না সৃষ্টিসি হৌদ্রিঙৈগী মমাঙদা সুপ্পা অনীশুবা লৈতবা পরমাত্মা ব্রহ্ম লৈরম্মি। মরম অসিনা শ্রুতিনা অসুমা হায়বি— সদেব সোম্যেদমগ্র আসীৎ’ (ছা উ। ৬।২। )— উরিবা ডাইবংপান পুম্নমক অসি অশানবা সংব্রহ্মমক ওইনা লৈবম্মি।” আত্মৈবেদমগ্র আসীৎ”। বৃ উ ১।৪।১)— অচং চত্ত ডাইব অসি সৃষ্টিগী মমাঙদা আত্মামক ওইনা লৈরম্মি।” অহুবু মতুংদা মায়ানা মবম ওইহনা মঙগী মতৌগুমা সংব্রহ্ম ওইবা আত্মাদগী মযাম ওইখিহনা ডাইবংপাম অসি উরিবনি অশেংবমক্তি সংব্রহ্ম ওইবা আত্মাদগী অতোপ্পা পোং অমত্ত নত্তে। মসিবুসু শ্রুতিনা অসুম্না তাক্লি— ইদ্ধ্মেবেদং সর্ব্বম্ (বৃ উ ৭।৫।১) — উরিবা পুম্নমকসি ব্রহ্মমক্তি।” “আত্মৈবেদং সর্ব্বম্” (ছা উ ৭।২৫।২) লেপলি-পান্নিবা পুম্নমকসি আত্মাসিমক্তি।”

মরম অসিদগী আত্মজ্ঞানী যস্থানবা মী অহনা তৌরিবা কর্ম্মশি অহ মাগী মীংযেংদা ব্রহ্মদগী অতোপ্পা নত্তে অজ্ঞানী সা যেংবদা অতোপ্পা অমা ওইনা উবনি। জ্ঞানী ওইবা মপাক্তি মথাবুসু ব্রহ্মনি খংবা মরমদগী কচা অমস্তং ভোক্তা ওইদবা মবম্না তৌরিবা কর্ম্মশিং অহুগা লোয়ননা শম্নদে লেপ্পা অহুগা মতাক্তা তৌবিবা কর্ম্ম অমস্তং মহুগী সাধন পুম্নমকপুসু ব্রহ্ম ওইনা উং। অসিগুম্বা মীগী মরমদা শ্রুতিনা অসুম্না হায়রি —

অখণ্ডৈকরসং ভোজ্যমখণ্ডৈকরসং হবি।
অখণ্ডৈকরসো হোম অখণ্ডৈকরসো জপ।

(তে বি উ ২।২২ ১৩)

“জ্ঞানী ওইবা মী অহুগীদি চারি থক্লিবা পোং পুম্নমক অখণ্ড একরসনি (মচেং-মকায তাদবা অমস্তং মতম পুম্নমক্তা মশক অমত্ত ওইনা লৈবা ব্রহ্মনি) হবিসু (হোম পীনবা পোংশি সু) অখণ্ড একরসনি হোমসু (স্বাহা হায়দূনা দেবতাশিংগীদমক মৈদা হবি পীবগী থবক অহুসু) অখণ্ডএকরসনি অহুগা জপ তৌবা অহুসু অখণ্ড একরসনি।

মরম অসিদগী যস্থান্দুনা লৈবা জ্ঞানীনা তৌরিবা থবক পুম্নমক অহুগী মহে মানা ফংদে, মাদি মতম অহদা জীবন্মুক্ত ওইহনা লৈরিবনি, সুপ্পা মথৌনি খন্দূনতা ব্যবহার চংনবগীদমক অমস্তং লোকসংগ্রহ তৌনবগীদমক শাস্ত্রনা তাকপা কর্ম্মশিং অমস্তং ব্যবহারগী থবকশিং তৌহনা লৈবনি।২৪॥

অহানবদা "ব্রহ্মার্পণং ব্রহ্ম হবিঃ" অসিনচিংবনা যজ্ঞগী সাধন-মচিংবা পুম্নমক্তগী সুপ্না ব্রহ্ম যেংহুনা জ্ঞানগী মশক ওইবা যজ্ঞ ( জ্ঞানযজ্ঞ ) হায়খিবহু শংশুডম্না মোক্ষগী সাধম্নি। মরম অসিনা মহু যজ্ঞ পুম্নমক্তগী অথোইবনি হায়না থাগৎনবগীদমক অতোপ্পা যজ্ঞশিংবুসু অন্ত করণ শেংনবা অধিকারী ওইবা মীনা তৌফম থোকই তাক্তে হায়বগীদমক ৩৩ শুবা শ্লোক ফাওবা, শ্লোক মাপন্না মখল মখা অয়াম্বা যজ্ঞশিংবু ভগবান্না অসুম্না তাকপিরক্নি —

দেবমেবাহপরে যজ্ঞং যোগিন পর্য্যুপাসতে।
ব্রহ্মাগ্নাব রে যজ্ঞং যজ্ঞেনৈবোপজুহবতি ॥ ২৫ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — অপরে যোগিন =অতোপ্পা কর্ম্মযোগীশিংনা দৈবং এব=ইন্দ্রনচিবা দেবতাশিংবু পেলহন্নবগীদমক্তা যজ্ঞং=দর্শ অমসুং পূর্ণমাসনচিংবা যজ্ঞবু, পর্য্যুপাসতে=মতম পুম্নমক্তা তৌহুনা লৈ অহুগা -অপরে=আত্মতত্ত্বদা পূক্নীং থিংজিন্দুনা লৈবা সন্ন্যাসীশিংনদি, ব্রহ্মাগ্নৌ=সচ্চিদানন্দ ব্রহ্মগী মশক ওইবা মৈদা যজ্ঞং=অন্ত করণ উপাধিগা লোয়ননা লৈরিবা জীবাত্মাসিবু যজ্ঞেন এব=উপাধি য়াওদবা অশেংবা আত্মাগী মওং ওইনমক উপজুহবতি=হোম তৌই ( অশেংবা মওংদা জীবাত্মাসিবু ব্রহ্মদগী অতোপ্পা নত্তে লেপ্ত না মতোন্দা তিলহল্লী ) ॥ ২৫ ॥

**অপুনবা অর্থ** — অতোপ্পা কর্ম্মযোগীশিংনা দেবতাশিংবু পেলহন্নবগীদমক মতম পুম্নমক্তা দর্শ পূর্ণমাসনচিংবা যজ্ঞশিংবু তৌহুনা লৈ অহুগা আত্মতত্ত্বদা পূক্নীং থি জিন্দুনা লৈবা সন্ন্যাসীশিংনা জীবাত্মাবু ব্রহ্মগী মশক ওইবা মৈদা অশেংবা আত্মা ওইনমক হোম তৌশিল্লী ॥ ২৫ ॥

### অথূপ্পা বা

"যজ্ঞং যজ্ঞেন" হায়বসিদা যজ্ঞগী অর্থ আত্মানি। অর্থ কযামুক লৈবা ৱাহৈ সংস্কৃততা য়াম্না লৈ। ৱাহৈ অহুগী মনুংদা "যজ্ঞ" অসিগী অর্থ য়াম্না লৈবা ৱাহৈ অমনি। মরম অসিদা প্রসঙ্গগী মতু ইন্না ৱাহৈ অসিগী করম্না অর্থ ওইবা য়াগদগে খল্লগা অর্থ অহু লৌগদবনি। যাস্কাচার্য্যনা মাগী "নিরুক্ত কৌবা বেদগী অর্থ তৌনবা লাইরিক অহুদা অসুম্না ইরে— "যজ্ঞ আত্মা ভবতি" (নি ১৯।২৫। ১ ) "যজ্ঞ আত্মাগী মমি অমনি।" মরম অসিদগী ভাষ্যকার ভগবান শ্রীশঙ্করাচার্য্যনসু অসিগী অর্থ তৌবা মতমদা অসুম্না হায়রি— "যজ্ঞশব্দবাচ্য আত্মা। আত্মনামসু যজ্ঞ শব্দস্য পাঠাৎ"— "মকম অসিদা যজ্ঞ' হায়বা ৱাহৈসিগী অর্থ আত্মানি মরমদ যাস্কাচার্য্যনা আত্মাগী মিংশিংগী মনুংদা 'যজ্ঞ শব্দগী পাঠ তৌই ( যজ্ঞ শব্দবু ইরি )। মতো অসুম্না যজ্ঞ শব্দগী অর্থ আত্মা ( হায়না ) তৌরবদি— "তৎত্বমসি" ( ছা উ ৬।৮।৭ )— নও পরব্রহ্মনি" অমসুং "অহং ব্রহ্মাস্মি (বৃ উ ১/৪/১ )— "ঐ পরব্রহ্মনি' অহসনচিংবা শ্রুতিশিংগী মতুং ইন্না আত্মাবু ব্রহ্মগী মশক ওইবা মৈদা হোম পীহুনা তিনশিলহনবা য়াই।

মতৌ অমুম্না দেবযজ্ঞ অমসু, জ্ঞানযজ্ঞগী মওং তাক্লগা লৌকিক জ্ঞানগী নম্বীদা চংশনা কান্নগদবা সাধনশিংবুসু যজ্ঞগী মশক ওইনা তাকুনা অমুম্না ইরি—

শ্রোত্রাদীনীন্দ্রিয়াণ্যন্যে সংযমাগ্নিষু জুহ্বতি।
শব্দাদীন্ বিষয়ানন্যে ইন্দ্রিয়াগ্নিষু জুহ্বতি॥ ২৬॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা**— অন্যে=যোগগী প্রত্যাহার কৌবা অঙ্গবু (শরুকপু) অভ্যাস তৌবা মী শিংনা শ্রোত্রাদীনি=নাকোং নচিংবা ইন্দ্রিয়শিংবু মখোয়না লৌগদবা শব্দনচিংবা বিষয়শিংদগী থাজিল্লগা সংযমাগ্নিষু=সংযমগী (ধারণা ধ্যান অমসুং সমাধিগী) মশক ওইবা মৈশিংদা জুহ্বতি =হোম তৌই অহুগা অন্যে=অনাসক্ত যোগগী অভ্যাস তৌবা অতোপ্পা মী-শিংনা শব্দাদীন বিষয়ান—শব্দনচিংবা বিষয়শিংবু ইন্দ্রিয়াগ্নিষু=নাকোংনাচিংবা ইন্দ্রিয়শিংগী মশক ওইবা মৈশিংদা জুহ্বতি=ধর্ম্ম কায়দনা হোম তৌই॥ ২৬॥

**অপুনবা অর্থ**—প্রত্যাহারবু অভ্যাস তৌবা মীশিংনা নাকোং নচিংবা ইন্দ্রিয়শিংবু সংযমগী মশক ওইবা মৈশিংদা হোম তৌই অহুগা অনাসক্তি যোগগী অভ্যাস তৌবা অতোপ্পা মীশিংনা শব্দনচিংবা বিষয়শিংবু নাকোংনচিংবগী মশক ওইবা মৈশিংদা ধর্ম্ম কায়দনা হোম তৌই॥ ২৬॥

**অথুপ্পা বা**

পাতঞ্জল যোগগী যম নিয়ম আসন প্রাণায়াম প্রত্যাহার ধারণা ধ্যান অমসুং সমাধি কৌবা অঙ্গ শরুক) নীপাল লৈ। মখোয় নীপান অসিগী মনুংদা ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশিন্দুনা থমবা হোংনবসিবু প্রত্যাহার কৌই। মসিবু যোগদর্শনদা অমুম্না হায়রি—"**স্ববিষয়াহসংপ্রয়োগে চিত্তস্বরূপানুকারইবেন্দ্রিয়াণাং প্রত্যাহার** (২।৫৪)—"মীৎ-নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংগী মখোয় মখোয়না লৌগদবা রূপ শব্দ নচিংবা বিষয়শিংগা লোয়ননা মরী লৈত্রবদা (শমুন্নবদা) মনগী (পুক্নীংগী) মওংগুম্না মাগা (মনগা) অমত্ত ওইনা লৈবা অহুবু প্রত্যাহার কৌই।" মতম অসিদা ইন্দ্রিয়শি মনগী মথা পোন্দুনা মননা নীলিবা পোং অহুদা থিংজিন্দুনা লৈ। মসিবু মফম অসিদা ভগবান্না সংযমগী মশক ওইবা মৈশিংদা হোম তৌবনি তাকই। অহুগা সংযম কৌবনো হায়বসিবুসু যোগদর্শনদা অমুম্না তাক্লি—"**ত্রয়মেকত্র সংযম** (৩।৪)— "মননা (পুক্নীনা) নীলিবা হীরম (বিষয়) অহুদা ধারণা ধ্যান অমসুং সমাধি অহুমসি পুন্না লৈরবদি মহুব সংযম কৌই।" মতৌ অমুম্না ধারণা ধ্যান অমসু সমাধি অহুমসিগী মমিং সংযম কৌরদগী ভগবান্না "**সংযমাগ্নিষু**" "সংযম ওইবা মৈশিংদা অমুম্না মৈবু ময়াম ওইনা তাকপনি অহুগা মৈ ময়াম ওইদবা মফমদদি "অগ্নৌ"— মৈদা অমুম্না মৈবু অমখক্তা ওইনা তাকই। লৌকিক ধারণা, ধ্যান অমসুং সমাধি অহুমসিগী মওংবুসু খঙসি—"**দেশবন্ধশ্চিত্তস্য ধারণা**" (যো দ ৩।১)— "মপাম্বোংদা লৈবা ভাবানগী মুর্ত্তিনচিংবা অমাম্বা পোং অমদা নত্রগা হকচাগী মনুংদা

থম্মোয়নচিংবা মফম অমদা মনবু লেঙদনা ফাজিন্দুনা থম্বা অসি ধারণানি।" অহুগা "তত্র প্রত্যয়ৈকতানতা ধ্যানম্" ( যো দ ৩।২ )— মপান্থোংদা লৈবা ভগবানগী মূর্ত্তিনচিংবা মন্ত্রগা থম্মোয়নচিংবা মফমদা মননা নীংলিবা পোৎ অহুগী মওঙ ওইনা মনগী ঈচেল কায়দনা লৈবা অহুবু ধ্যান কৌই।" হায়বদি মননা খল্লিবা রাখল অহুদা অতোপ্পা রাখল অমা লাক্তনা মহুগী ঈচেল অহু কাযদনা লৈবা ধ্যাননি। "তদেবার্থমাত্রনির্ভাসং স্বরূপ শূন্যমিব সমাধি" ( যো দ ৩/৩ ) "মথক্তা হায়খ্রিবা ধ্যান অসিমক নীংলিবা পোৎ অহুমক ওইনা লৈহুনা মাগী ( ধ্যানগী ) মওঙ লৈতবগুম ওইরবদি মহুবু সমাধি কৌই। মসিগী ভাবতি আসনি – ধ্যান তৌবা মতমদা ধ্যাতা (ধ্যান তৌবা মন ) ধ্যান ( নীংবগী মশক ওইবা ঈচেল ) অমসুং ধ্যেয ( নীংলিবা পোৎ ) অহুম অসি খঙনা লৈ মসিবু "ত্রিপুটীভান" কৌই। অহুবু যাম্না অভ্যাস তৌরবা মতুংদা ধ্যাতা অমসুং ধ্যান অনী অসি লৈতবগুম তৌরগা সূপ্না ধ্যেযমক্তা লৈবগুম তৌই মসিবু সমাধি কৌই। মসিদা সমাধিগী মতমদা ধ্যাতা অমসুং ধ্যান সূকলে লৈতে হায়বা নত্তে লৈতবহুম তৌবতনি মখোয অনী অসি মতম অহুদা লৈত্রবদি কদোঁইদসু সমাধি ওইবা যাবাই। খদম ওইনা থুংমহুম অমা ঈটিদা থাদরবদি মহু তুমখিদূনা মাগী মশক উদে অহুবু ঈশিংগা লোযননা তিশিনখিহুনা অমও ওইনা লৈ মহু লৈতে হায়বা যাদে। মতৌ অহুম্না ধ্যাতা অমসুং ধ্যানসু সমাধিগী মতমদা ধ্যেযগী মওঙ ওইনা লৈ মখোয অনী লৈতে হায়বা নত্তে উদবা মরমদগী লৈতবগুম তৌই হায়বদনি। মখোয অসুম্না অভ্যাস তৌবদগী সমাধিগী ফীবমদা যৌববা মতমদা ইন্দ্রিয পূম্নমকসু মনগা লোয়ননা ধ্যেয ওইবা পোত্তা তিন্দুনা লৈবা মবমদগী শ্রীভগবান্না ইন্দ্রিযশিংবু সংযমগী মশক ওইবা মৈশিংদা হোম তৌই তাকপনি।

মথক্তা হাযরিবা অসিনী মতুং ইন্না প্রত্যাহারগী অভ্যাস তৌহুনা লৈবা মীশিংনা তৌপদব মথৌ ওইনা ব্যবহারগী থবক তৌহুনা লৈবা মতমদা অপাম মিংলৈ লৈতনা অমসু ধর্ম্ম কাযদনা ফংবা ভোগ্য বিষযশিংবু ইন্দ্রিয়শিংনা লৌদূনা লৈবা অহুবু মফম অসিদা বিষযশিংবু ইন্দ্রিয়শিংগা মশক ওইবা মৈশিংদা হোম তৌই তাকপনি। মন্ত্রগা বুদ্ধি লৈত্তানা লৈবা অমসু যাম্না বাহাল তৌহুনা মশাগী যাইফনবা হোংনবা নীংশিংনা আসক্তি (যাম্না পামশিনবা) লৈতনা শব্দনচিংবা বিষযশিংবু ধর্ম্ম কায়দনা লৌদূনা লৈববু ইন্দ্রিযশিংগী মশক ওইবা মৈশিংদা হোম তৌবনি হাযনা তাকপনি। মসিদসু ইন্দ্রিয় ময়াম ওইবা মরমদগী মৈ ময়াম হাযবনি। শাস্ত্রনা তৌগনু তাকপা থবক পুম্নমক থাদোক্লগা শাস্ত্রনা তৌ তাকপা মথুং ইন্না যংলিবা অমসুং ব্যবহারবদসু নিন্দা তৌনফম ওইদবা বিষযশিংবু লৌবসি ধর্ম্ম কাযদবনি মসিগী ওন্নতৈনবা ওইরবদি ধর্ম্ম কাযবনি। ধর্ম্ম কাযবা লমচৎ চৎপা মী কদোঁইদসু যাইফবা ওমদে রাখল লৈতবা মরমদগী মখোয় অরেম্বদা মাঙই। তাইবংপান অসিদা রূপ ( মশক, মওঙ মতৌ ), রস (মহাও) গন্ধ (মনম), স্পর্শ (শোকপা শম্নবা) অমসুং শব্দ ( খোঞ্জেল ) সূপ্না মঙা অসিদা থরায় পানবা পূম্নমকপু অরা নুংঙাই পীনবা বিষযনি

মরম অসিনা মশা অসিবু ভোগ্য বিষয় হায়রিবনি। অহুবু বাখল লৈতবা মীনা নশ্রী নাইদনা বিষয়শিং গী কল্পনা তৌরগা, অমবু থাদোক্লগা অমগী মতুংদা অভাওবগী মতৌশুম্না চেন্দুনা (হন্দুনা) লৈবা মরমদগী মাগী পৃক্রীং অহু কদৌউদস্থ তপথনা অমস্থ লৈতানা লৈতে। হায়রিবা বিষয় মশা অসিদি মীপুম খুদিংগী যৃমদা মতম পূম্নমক্তা লৈরিবনি মহু নহুবা অতোপ্পা তরুকশুবা বিষয় অমত্তা সংসার অসিদা লৈতে। মরম অসিনা যমদ ঈরায় লায়না ফংলিবা বিষয়শিং অহুনা মনবু পেন্ন থমহনা অপাম মিহৌ থাদোক্লগা মখোয়বু ইন্দ্রিয়শিংগী মশক ওইবা মৈশিংদা হোম পীদুনা লৈরবতদা ইহলোক অমস্থ, পরলোক অনীমক্তা যাইফবা ফংগদবনি। মনুনস্থ মহাযজ্ঞ মশাবু লৌদুনা অস্থুম্না হায়রি—

এতানেকে মহাযজ্ঞান্ যজ্ঞশাস্ত্রবিদো জনা
অনীহমানা সততমিন্দ্রিয়ে ষেব জহ্বতি। (মনুস্মৃ ৪।২২)

"মপান্থো গী যজ্ঞ অমস্থ মনুংগী (পুক্রী না তৌগদবা) যজ্ঞবু করম্না তৌবা হোৌনৈ তাকপা শাস্ত্রবু নীংথিনা খঙবা যুম পানবা মীশিংনা ব্রহ্মজ্ঞানমক্তবু অথোইবনি লেপ্তুনা মপান্থো গী যজ্ঞশিংদা অপাম মিহৌ থাদোক্লগা মহাযজ্ঞ মশা অসিবু মতম পূম্নমক্তা ইন্দ্রিয়শিংগী মশক ওইবা মৈশিংদদা হোম তৌই।

মরম অসিনা মফম অসিদস্থ জ্ঞান যংনীংবা মীগীদমক ইন্দ্রিয়শিং হোম তৌনবা ভগবান্না তাকপনি।২৬॥

মতৌ অস্থুম্না পাতঞ্জলদর্শনগী মতু ইনা "সমাধি" গী মশক ওইবা যজ্ঞ তাক্লগা বৈদিক বেদান্তদর্শনগী মতুং ইন্না বাধসমাধি গী মশক ওইবা যজ্ঞবু অস্থুম্না তাক্লি—

সর্ব্বাণীন্দ্রিয়কর্ম্মাণি প্রাণকর্ম্মাণি চাহপরে।
আত্মসংযমযোগাগ্নৌ জহ্বতি জ্ঞানদীপিতে॥ ২৭॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — অপরে—জ্ঞানী ওইবা মী-শিংনা (জ্ঞান যোগীশিংনা) ইন্দ্রিয়কর্ম্মাণি= মীং নাকো নচিংবা ইন্দ্রিয়শি গী থবক চ=অমস্থ, প্রাণকর্ম্মাণি—প্রাণ অপান নচিংবা প্রাণশিংগী থবক, সর্ব্বাণি=পূম্নমকসিবু জ্ঞানদীপিতে—ব্রহ্ম অমস্থ, আত্মা অমত্তনি খঙবগী মশক ওইবা জ্ঞাননা যাম্না ভাল্লবা, আত্মসংযমযোগাগ্নৌ=আত্মাদা সংযম (ধারণা ধ্যান সমাধি) তৌবদগী ওইবা নির্ব্বিকল্প সমাধিযোগগী মশক ওইবা মৈদা জুহ্বাত—হোম তৌই।২৭॥

**অপুনবা অর্থ** — জ্ঞানযোগীশিংনা ইন্দ্রিয়শিংগী থবক অমস্থ, প্রাণশিংগী থবক পূম্নমক অসিবু ব্রহ্ম অমস্থ আত্মা অমত্তনি খঙবগী মশক জ্ঞাননা যাম্না ভাল্লবা অমস্থ, আত্মাদা সংযম (ধারণা ধ্যান সমাধি) তৌবদগী ওইবা নির্ব্বিকল্পসমাধিযোগগী মশক ওইবা মৈদা হোম তৌই॥২৭॥

## অথূপ্পা বা

পাতঞ্জলযোগগী মতু, ইম্না প্রকৃতি অমসু, পুরুষ (জীবাত্মা) অনীসিবু তোঙান-তোঙান্না খঙববু "বিবেকখ্যাতি" কৌই। মসি প্রসংখ্যান সমাধিদা (পুরুষকী মশক খঙনবা নির্ব্বিকল্পক সমাধিদা) ওই। মখোযগী মত অসিদা প্রকৃতি পরিণামী নিত্য ওইবা মরমদগী মাঙদে মহূদা মহাপ্রলয়গী মতমদা সংসার পূম্মমক অসি তিন্দুনা (লয ওইদুনা) লৈ। সমাধিগী মতমদা পুরুষবু প্রকৃতিগী তোপ্পা ঙবা অমসু, সংসার উদবা মরমদা সংসারসি প্রকৃতিদা লয় ওইদুনা লৈবগুম তোৱদগী সমাধি অসিবু লয় সমাধি হায়বনি। অদুগা বেদান্তদর্শনগী মতু, ইবরদি ব্রহ্ম নত্তবা অতোপ্পা পোৎ অমত্তা লৈতবা মরম্না ব্রহ্মসাক্ষাৎকার ওইবা নির্ব্বিকল্পক সমাধি ওইরবদা অচেতন ওইবা পোৎ পূম্মমক লৈতে সুপ্পা আত্মাগী মশক ওইবা অমসু, অনীশুবা লৈতবা ব্রহ্মমক্তা লৈ সমাধিদগী হৌগৎলবা মতমদা সংসার অসিবু উরবসু মিথ্যানি (মকম অহূমক্তা লৈতবা অমসু, মায়ানা মরম ওইদুনা উবা পোৎনি) লায়না খঙই। মতৌ অসুম্না অচেতন পদার্থ লৈতে (হায়না) খঙবা অসিবু "বাধসমাধি কৌই।

ব্রহ্মদগী অতোপ্পা পোৎ অমত্ত লৈতে মায়ানা মরম ওইদুনা মঙোন্দা মযাম ওইনা উবদনি হায়বসিগী মরমদা বেদান্তদর্শনদা অসুম্না হায়রি— প্রকৃতিশ্চ প্রতিজ্ঞাদৃষ্টান্তানুপরোধাৎ (বে দ ১।৪।২৩)— "ব্রহ্ম তাইবপান পূম্মমক অসিগী নিমিত্ত অমসু উপাদান কারণ অনীমক্কি মঙোন্দগী অতোপ্পা পোৎ অমা লৈতে মরমদি— স ঈক্ষাঞ্চক্রে (প্র উ ৬।৩) — পরমাত্মা ব্রহ্মনা তাইবপান অসিবু শাগে (শেমগে) হায়না সংকল্প তৌই।" স প্রাণমসৃজত (প্র উ ৬।৪)—'মহাক্না প্রাণবু শাই অসিনচিংবদগী ব্রহ্ম নিমিত্তকারণনি হায়বসি খঙবা ঙম্মী। অদুগা অনীশুবা লৈতবা অমসু অমত্ত ওইবা ব্রহ্মবু তাক্নবগীদমক অসুম্না প্রতিজ্ঞা তৌই — উত তমাদেশমপ্রাক্ষ্যো যেনাশ্রুতং শ্রুতং ভবত্যমতং মতমবিজ্ঞাতং বিজ্ঞাতম্ (ছা উ ৬।১।২৩)—উদ্দালকনা শ্বেতকেতুবু অসুম্না হায়— হে শ্বেতকেতু। নংকু গুরুদগী উপদেশ অসিবু ফংলগরা? মহূদি মহূবু খঙলবদা তাদবা পোৎসু তাবা ওই নীংদবা পোৎসু নীংবা ওই খঙদবা পোৎসু খঙবা ওই। মসিদা দৃষ্টান্ত অসুম্না পীরি— যথা সোম্যৈকেন মৃৎপিণ্ডেন সর্ব্বং মৃন্ময়ং বিজ্ঞাতং স্যাদ্বাচারম্ভণং বিকারো নামধেয়ং মৃত্তিকেত্যেব সত্যম্ (ছা উ ৬।১।৪)— মসিগী খুদমদি অসিনি— লৈবাক মপৈ অমা খঙলগা লৈবাক্কী শাথিবা চক্নচিংবা পোৎ পূম্মমক অহূ খঙবা য়াই, চক্নচিংবা পূম্মমক অসিদি সুপ্পা রাইদনা মমিং লৌদুনা হায়বতনি অশেংবমক্তি মখোয় পূম্মমক অসি লৈবাক নত্তনা অতোপ্পা পোৎ নত্তে। মসিদা উপাদান কারণ খঙবদগী মহূনা শারিবা পোৎ পূম্মমক অহূ চম্না উপাদানমক্তনি মহূদগী অতোপ্পা নত্তে হায়বসি লায়না খঙবা য়াই তাক্লি—মরম অসিনা ব্রহ্মগী মশক ওইবা উপাদান কারণ খঙলবদি তাইবংপান পূম্মমকসি ব্রহ্মগী মশক ওইনা চম্না খঙব য়াগনি, মঙোন্দগী অতোপ্পা পোৎ অমত্ত লৈরোই।

মসিদ মন্ত্রবা "তদাত্মানং স্বয়মকুরুত" ( তৈ উ ২ । ৭ )— "পরমাত্মা ব্রহ্মনা এশামকপু জগৎ ওইনা শেমখি", "আত্মানি খল্বরে দৃষ্টে শ্রুতে মতে বিজ্ঞাতে ইদং সর্ব্বং বিজ্ঞাতম্" ( বৃ উ ৪ । ৫ । ৬ )— "আত্মাসিবু য়েংলবদা তাববদা নীংলবদা অমসুং নীংথিনা সাক্ষা কার তৌরবদা তাইবংপান পুম্নমকসি খঙবা ওই ।" অসিনচিংবা শ্রুতিশিংনা উপাদান কারণ ওইবা ব্রহ্মবু আত্মা ওইনা খঙলবতদা পোৎ পুম্নমক আত্মাদগী অতোপ্পা নত্তে হায়বসি খঙবা য়াই তাক্লি । অদুগা 'তদনন্যত্বমারম্ভণশব্দাদিভ্যঃ ( বে দ ২ । ১ । ১৪ ) সূত্র অসিদসু "তাইবংপান পুম্নমকসি ব্রহ্মদগী অতোপ্পা নত্তে" হায়বসি তাক্লি মরমদি—সৃষ্টি করম্না হৌই হায়বসিবু তাকপা শ্রুতিশিংনা ব্রহ্মমক্তা লৈরম্মি মতুদগী ময়াম ওইখি হায়রি । মতৌ অদুম্না ব্রহ্মগী মশক ওইবা আত্মামক তাইবংপান পুম্নমক অসিনি হায়বসিসু শ্রুতিশিংনা তাক্লি—" ইদং সর্ব্বং যদয়মাত্মা ( বৃ উ ২ । ৪ । ৩ )—"লেঙলি পাল্লিবা পুম্নমকসি আত্মা অসিনি ।' "ব্রহ্মৈবেদং সর্ব্বম্" ( মু উ ২ । ২ । ১১ )—'পুম্নমকসি ব্রহ্মমক্লি ।" "আত্মৈবেদং সর্ব্বম্" (ছা উ ৭ । ২৫ । ২ )—পুম্নমকসি আত্মামক্লি "নেহ নানাস্তি কিঞ্চন" ( বৃ উ ৪ । ৪ । ১৯ ) —"মসিদা ময়াম করিসু লৈতে ।" ( হায়রিবা রা পুম্নমক অসি "জ্ঞানগী লম্বী কৌবা লাইরিক্তা য়েংবিরবদি নীংথিনা খঙবা ঙম্মিগনি ।

মরম অসিনা মক্কম অসিদসু শ্রীভগবাননা ঈচম চম্না ইন্দ্রিয় প্রাণনচিংবগী থবক পুম্নমকপু আত্মাসাক্ষাৎকার ওইবগী মৈনা জ্ঞানীশিংনা হোম তৌই হায়বনি । জ্ঞানীশিংনা আত্মাসাক্ষাৎকার ওইবগী মৈদা হোম তৌরিবা ইন্দ্রিয়শিংগী থবকশিং অদুদি অসিনি— চক্ষুরিন্দ্রিয়গী ( মীত্তু লৈবা শক্তিগী ) থবক্তি মশক মওঙ য়েংবনি শ্রোত্রেন্দ্রিয়গী ( নাকোংদা লৈবা শক্তিগী ) থবক খোঞ্জেল তাবনি ঘ্রাণেন্দ্রিয়গী ( নাতোন্দা লৈবা শক্তিগী ) থবক মনম নম্বনি ত্বগিন্দ্রিয়গী ( উন্দা লৈবা শক্তিগী) থবক শোকপা শম্নবনি রসনেন্দ্রিয়গী (লৈতোন্দা লৈবা শক্তিগী) থবক মহাও লৌবনী, মনগী থবক নীংবনি বুদ্ধিগী থবক অবেপ্পা রাখল তৌবনি হায়রিবশি সি জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা, মন অমসুং বুদ্ধি তাব অসিগী থবকশিংনি । অদুগা কর্ম্মেন্দ্রিয়শিংগী থবকশিংদি—হস্তগী (খত্তু লৈবা শক্তিগী) থবক লৌবনচিংবনি, পাদগী ( খোঙদা লৈবা শক্তিগী ) চৎপনচিংবনি বাগিন্দ্রিয়গী (চীন্দ লৈবা শক্তিগী) থবক ৱা ঙাংবনি উপস্থগী ( ঈশিং থোংদা লৈবা শক্তিগী ) থবক মু ঙাইবা লৌবা, ঈশিং থাদোকপনচিংবনি অদুগা গুদাগী (অমাংথোঙদা লৈবা শক্তিগী) থবক অমা অশোয় লৌথোকপনি । মসিশিংসি কর্ম্মেন্দ্রিয় মঙাগী থবকশিংনি । মতৌ অসুম্না প্রাণ মঙাগী থবকশিংদি — নাতোন্দা লৈবা প্রাণগী থবক সোর হোন্দোকপনি, অমাংথোংদা লৈবা অপানগী থবক মুংশাসোর লৌশিনবনি অমসুং মখাদা মুংশিং থাদোকপনি হকচাং শীন্ন লৈবা ব্যানগী থবক্তি হকচাংশিংগী কায়া শি বু কোনশিনবা তিংথোকপনচিংবা তৌবনি, খৌরী মখাদা লৈবা উদানগী থবক মথকলোমদা পুবনচিংবনি

অদুগা খোংদোদা লৈবা সমানগী থবক্তি—চাখি থকখিবা পূম্নমক্কী মসশিংবু হকচাং পুম্বদা শীনথুংবা যৌহনবনি। মসিশিসি অথোইবা প্রাণ মঙাগী থবকশিংনি। মখোয়সি মত্তবা অচম্বা প্রাণ মঙা অমস্থ হকচাংদা লৈ অস্থং মখোয়না কয়ি তৌবগে হায়বগুস্থ অম্ব্যা তাকলি—

উদগাবে নাগ আখ্যাত কূর্ম্ম উন্মীলনে স্মৃতঃ।
ক্বকব ক্ষুতকুজ জ্ঞেয়ো দেবদত্তো বিজ ম্ভনে।
ন জহাতি মৃতং বাপি সর্ব্বব্যাপি ধনঞ্জয়।

"নাগ কৌবা প্রাণগী থবক থগেবনি হায, মীৎ পাংথোক পাঙশিন তৌবা (মীৎ কুপ্পা) অসি কূর্ম্ম কৌবা প্রাণগী থবক্কি খঙনৈ কৃকবগী থবক্তি হাকথি খনবনি খঙগদবনি দেবদত্ত কৌবা প্রাণগী থবক হকাম চনবনি অদুগা ধনঞ্জয় কৌবা প্রাণগী থবক্তি হকচাং শীন্ন লৈবনি, মংাক শিরবা মতুং ফাওবা হকচাং থাদোক্কনা লৈ।"

মতৌ অম্ব্যা জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা কর্ম্মেন্দ্রিয় মঙা, নাগ্নচিংবা মন্নং চন্না লৈবা প্রাণ মঙা, মন অমস্থং বুদ্ধি—তত্ত্ব ১৭ অসিনা তিনবা সূক্ষ্মশরীরগী (অকুপ্পা হকচাংগী) থবক পূম্নসকপু জ্ঞানী ওইবা মী পূম্নমক্কা প্রারব্ধ কর্ম্মগী মতুং ইন্না ি ডুনা লৈরিঙৈগী মতমদা আত্মসাক্ষাৎকার তৌবগী জ্ঞান অদুনা ঙাল্লিবা নির্ব্বিকল্পক সমাধিগী মশক ওইবা মৈদা হোম তৌদুনা লৈ হায়বদি মথক্তা হায়রিবা থবকশিংসিগী অতৌবা নত্তে হাযবসি মশাবু খঙদুনা সুপ্পা হিংদুনা লৈরিঙৈগী মতমদা তৌবা হৌনৈ হায়দুনা তৌদুনা লৈ মদুদা মখোয়গী অপাম-মিহৌ লৈতে ॥ ২৭ ॥

মতৌ অম্ব্যা দেবযজ্ঞনচিংবা যজ্ঞ মঙাবু শ্লোক অদুম্না তাক্লগা হৌজিক শ্লোক অমগুদা অতোপ্পা যজ্ঞ মঙা অমবুস্থ মোক্ষ পাস্না মীনা তৌফম থোকহ হায়বসি ভগবান্না তাকলি—

দ্রব্যযজ্ঞাস্তপোযজ্ঞা যোগযজ্ঞাস্তথাঽপরে।
স্বাধ্যায়জ্ঞানযজ্ঞাশ্চ যতয় সংশিতব্রতা ॥ ২৮ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — দ্রব্যযজ্ঞা = কনাগুম্বশিংনা মিংচৎ পাম্বনচিংবা মহৈ পূম্নমক থাদোক্লগা দানগী মশক ওইবা যজ্ঞ তৌই, তপোযজ্ঞা = অদুগা কনা কনাগুম্বনা তপস্যাগী মশক ওইবা যজ্ঞ তৌই তথা = মতৌ অদুম্না অপরে = অতোপ্পশিংনা, যোগযজ্ঞা = পূক্নীংবু ফাজিন্দুনা থম্নবগী মশক ওইবা যজ্ঞ তৌই, চ = অদুগা, স্বাধ্যায় জ্ঞানযজ্ঞা = কনানা বেদ উপনিষৎমচিংবগী পাঠ তৌবগী মশক ওইবা যজ্ঞ তৌই কনানা বেদ উপনিষংনচিংবগী অর্থ নীংথিনা খঙনবা হোৎনবগী মশক ওইবা যজ্ঞ তৌই, সংশিতব্রতা = মতৌ অম্ব্যা য়াম্না কনবা ব্রত তৌরগা, যতয় = হোৎনদুনা লৈবা ঙাক্লনি। ২৮।

**অপুনবা অর্থ** ।— কনাগুম্বশিংনা দানগী মশক ওংবা যজ্ঞ তৌই, কনানা তপস্যাগী মশক ওইবা যজ্ঞ তৌই, মতৌ অমুম্না অতোপ্পাশিংনা পূর্কীংবু কাখিন্দুনা থম্বগী মশক ওইবা যজ্ঞ তৌই, কনানা বেদ পাঠগী মশক ওইবা যজ্ঞ তৌই, অদুগা কনানা বেদ-উপনিষৎনচিংশগী অর্থ খঙনবা হো নবগী মশক ওইবা যজ্ঞ তৌই। মতৌ অমুম্না অকনবা ব্রত তৌরগা হোৎনদুনা লৈবা ঙাক্তনি। ২৮।

## অথুম্না বা

আত্মাবু ব্রহ্ম ওইনা খঙদূনা মোক্ষ পাম্বা মী শিংনা করি করি উপায় তৌদুনা লৈ হায়বসিবু শ্রুতিনা অমুম্না তাক্লি— "তমেতং বেদানুবচনেন ব্রাহ্মণা বিবিদিষন্তি যজ্ঞেন দানেন তপসাহনাশকেন।" (বৃ উ ৬।৪।২২)— "মোক্ষ পাম্বা মী শিংনা ব্রহ্মদগী অতোপ্পা নত্তবা আত্মা অসিবু বেদপাঠ যজ্ঞ দান তপ অমসুং চরাহেনবনচি বা ব্রত তৌরগা খঙনীংই।"

মতৌ অমুম্না শ্রুতিনা তাক্লিবা উপায়শিং অসিবু মফম অসিদসু শ্রীভগবান্না তাকই। মসিদা ভগবান্না দান তৌববু দ্রব্যযজ্ঞগী মওং ওইনা হায়রি। দান কদায়বু কৌবগে হায়বসিদি "স্বস্বত্বত্যাগ পূর্ব্বকং পরস্বত্বাহপাদনম"—"মশাগী লৈরিবা পোৎ অদুবু মশাগীনি হায়বা রাখল থাদোক্লগা অতোপ্পগী ওইহন্দুনা পীবনি।" দানগী মহৈ য়াম্না চাউই হায়রসিবু শাস্ত্র পুম্নমক্না লাউহনা তাক্লি। অদুবু মী অদুনা চাউথোকপা লৈতনা অমসুং মহৈ পামদনা মানা ঙমজবা থরদং দান তৌদুনা লৈরবদি মদু মাগী মোক্ষ ফংনবগী মরম ওই। অঙম্বা মীনা অতোপ্পশিংগী কান্নবগীদমক অচৌ-অচোবা দানশিংবুসু য়াম্না তৌনৈ। অসিগুম্বা দান অসিবু স্মৃতি শাস্ত্রদা "পূর্ত্ত" অমসুং "দত্ত" কৌই। মখোয় করিনো হায়বসিবু অমুম্না তাক্লি—

বাপীকূপতড়াগাদি দেবতাযতনানি চ।
অন্নপ্রদানমাবামঃ পূর্ত্তমিত্যভিধীযতে।

"মীগী কান্নবগীদমক পুখ্রী মচা কূপ পুখ্রী অচৌবা তৌদূনা থম্বা লাইশঙশি শাদুনা কংপা, চেঙ চাকুনচিংবা চানবা চীঞ্জাক পীবা, লৈকোল শেমদূনা থম্বা মসি পূম্নমক অসিবু পূর্ত্ত কৌই।"

শরণাগতসংত্রাণং ভূতানাং চাপ্যহিংসনম্॥
বহির্বেদি চ যদ্দানং দত্তমিত্যভিধীযতে॥

"কনবিয়ু হায়না চংজরক্লবা মীবু ঙাকপা, মরাল লৈতবা জীবশিংবু হাত্তবা অমসুং যজ্ঞগী বেদিদগী মপান্দা (যজ্ঞদা পীবদগী অতোপ্পা) পীরিবা দান অদুবু দত্ত কৌই।"

মতৌ অমুম্না হায়রিবা পুম্নমক অসিবু মফম অসিদা ভগবান্না দ্রব্যযজ্ঞনি হায়না তাকই।

মসিগুম্বা দ্রব্যযজ্ঞ তৌবা ঙমদবা কনাগুম্বা মীনা তপোযজ্ঞ তৌই। তপ কদায়দু কৌবগে হায়বসিদি শাস্ত্রনা অস্থুম্না তাক্লি— "শাস্ত্রীযমার্গেণ কাযেন্দ্রিয়শোষণং তপঃ"— "শাস্ত্রনা তাকপা লম্বীগী মতু ইন্না হকচাং অমস্থং ইন্দ্রিয়শিংবু কংহনবসি তপনি। মহুদি কৃচ্ছ্র, চান্দ্রায়ণনচিংবনি। অনীসিগীস্থ মখল যাম্না লৈ মখোযশিংদুগী মনু দা খুদম ওইনা অমমমদং খঙসি—

ত্র্যহং প্রাতস্ত্র্যহং সায়ং ত্র্যহমদ্যাদযাচিতম ।
ত্র্যহং পরঞ্চ নাশীযাৎ প্রাজাপত্যংচরন্দ্বিজঃ ॥

(মনু ১১।২১১)

"প্রাজাপত্য কৌবা কৃচ্ছ্রবু তৌবা দ্বিজনা (ব্রাহ্মণনচিংবা জাতি অহুম্না) নুমিৎ হুমনি অয়ুক্তা অমুক্তং চাগদবনি, মতুংগী নুমিৎ হুমনি নুমিদাংদা অমুক্তং চাগদবনি মহুগী মতুংগী নুমিৎ হুমনিদি মাংবা নীবা তৌদনা অফংবা চাগদবনি অহুগা মতুংগী নুমিৎ হুমনি করিমত্তা চাদনা লৈগদবনি।"

মতৌ অস্থুম্না নুমিৎ তরানিথোইনি চঙনা তৌগদবা তপ অসি কৃচ্ছ্র তপনি।

একৈকং হ্রাসয়েৎ পিণ্ডং কৃষ্ণে শুক্লে চ বর্দ্ধয়েৎ।
উপস্পৃশংস্ত্রিষবণমেতচ্চান্দ্রায়ণং স্মৃতম ॥ (মনু ১১।২১৬)

"নুমিৎ খুদিংগী অয়ুক, নুমিৎযুংবা অমস্থং নুমিদাংরাইদা অহুম্নকহন্না ঈরুজহুনা লৈরগা, মী অহুনা পূর্ণিমাগী (থাবুং যাবা) নুমিত্তা চাক চখোম তরামঙা চাগদবনি, অহুগা থাশি থাখায়গী (কৃষ্ণ পক্ষগী) নুমিৎ খুদিংমক্তা চখোম অমমম হন্থহুনা চাবগা তরামরিনি শুবা নুমিত্তা চখোম অমত্তং চাগদবনি থাশিগী (অমাবস্যা নুমিত্তদি) করিমত্তা চারাইদবনি। মহুদগী থাবুগী (থা পানখংলকপা শুক্ল পক্ষগী) থাখায়দা চখোম অমমমদগী হৌরগা নুমিৎ খুদিংগী চখোম অমমম হেনগত্তূনা থাবুং ফাবা নুমিত্তা (পূর্ণিমাগী নুমিত্তা) চখোম তরামঙা চাদূনা লোইগদবনি, মসিবু চান্দ্রায়ণ ব্রত কৌই।"

মতৌ অস্থুম্না ব্রত তৌবা মী শি তপোযজ্ঞ তৌবা মী শিংনি। অসিগুম্বা তপ তৌবা মী শিংবু থাগত্তূনা মনুনা অস্থুম্না হায়রি—

যদ্দুস্তরং যদ্দুরাপং যদ্দুর্গং যচ্চ দুষ্করম্ ।
সর্ব্বং তু তপসা সাধ্যং তপো হি দুরতিক্রমম্ ॥

(মনু ১১।২৩৮)

"য়াম্না রানা লাম্হোকপা ঙমগদবা গ্রহদশানচিংবা অরাবদগী লাম্হোকপা, ফংবদা য়াম্না রানা থোকদবা পোৎপু ফংবা, য়োবদা য়াম্না রানা থোকদবা মফম য়োবা অমস্থং তৌবদা য়াম্না রানা থোকদবা থবক তৌবা, মসি পুম্নমকসিবু তপ না মরম ওইহুনা মীনা য়াম্না লায়না পাঙথোকপা ঙম্মী মরম অসিনা তপ তৌবনা তৌবা ঙম্মোইদবা থবক অমত্ত লৈতে।"

যোগযজ্ঞ তৌবা মী-শিংগীদমক যোগ করিনো হায়বসিদি যোগদর্শনদা অস্নুম্না তাক্লি— "যোগশ্চিত্তবৃত্তিনিরোধ " (১।২)—"মনগী (পূক্নীংগী) মখল মখা অয়াম্বা বাখলশিং বু ফাজিন্দুনা থম্নগা ধ্যেয়গী মওং ওইনা মন থম্ববু যোগ কৌই। মসিবু নীংথিনা অভ্যাস তৌনবগীদমক যম, নিয়ম নচিংবা সাধনশিংবু তৌহুনা লৈবা যোগযজ্ঞনি। অহুগা "স্বাধ্যায়োঽধ্যেতব্যঃ" (তৈ আ ২।১৫।১)— "বেদগী বিধি অসিনা বেদ পাঠ তম্নবা হায়রি।" স্বাধ্যায়গী অর্থদি মী শিংহুগী মশা মশাগী গোত্রনচিংবগী মতুং ইন্না তাকইবা দেবশাখাগী বেদনি।" বেদ অহুগী অমস্থু মহুগা মরী লৈনবা উপনিষৎনচিংবগী শ্রদ্ধাগা লোয়ননা মুমিং থুদিংগী পাঠ তৌহনা লৈববু মক্কম অসিদা স্বাধ্যায়পাঠ ওইবা যজ্ঞনি তাকলি। মসি তৌবদা লায়খোক্লোইদবনি হায়বসিনুস্থু "স্বাধ্যায়প্রবচনাভ্যাং ন প্রমদিতব্যম" (তৈ উ ১।১১।২)— "বেদ পাঠ অমস্থং মহুগী প্রবচন তৌবদগী লায়খোক্লোইদবনি" মন্ত্র অসিনা তাক্লি অহুগা মহুগী অর্থ খঙনবা হোৎনবগা মহুগী মতুং ইন্না অনুষ্ঠান তৌহুনা লৈবা স্বাধ্যায়জ্ঞানযজ্ঞনি। মসিগী মরমদা পাতঞ্জলযোগদর্শনদদি অস্নম্না হায়রি— "তপঃ স্বাধ্যায়েশ্বরপ্রণিধানানি ক্রিয়াযোগঃ" (২।১) "চন্দ্রায়ণনচিংবা তপ তৌবা, উপনিষৎ গীতানচিংবগী পাঠ তৌবা নত্রগা পূক্নীংনা পাম্বা দেবতাগী মন্ত্র জপ তৌবা (স্বাধ্যায় তৌবা) অমস্থং মহৈ পাম্বা থাদোক্লগা পূক্নীং শেংনবা লাই নীংবা অসি ক্রিয়াযোগনি (কর্ম্মযোগনি)"

মতৌ অস্নুম্না যজ্ঞ ওইনা হায়রিবা কর্ম্ম পূম্নমকসিবু নিয়ম ওইনা কায়দনা তৌবা ঙম্নবা অকনবা ব্রত তৌরগা হো নগদবনি। অহুগা ব্রত কদায়বু কৌবগে হায়বসিবু শাস্ত্রনা অস্নুম্না তাক্লি— "সম্যক্ সংকল্পজনিতানুষ্ঠেয়ক্রিয়া বিশেষোব্রতম্॥" "তৌগে হায়না পূক্নী দা চপ যুংনা লেপ্পুংনা তৌরিবা কর্ম্ম মখল অহু ব্রতনি।" মরম অসিনা পূক্নীং অনী লোঙদনা য়াইফবা পাম্বা মীনা মথক্তা হায়খ্রিবা যজ্ঞশিংগী মনুংদা অঙম্বা মখৈ নীংথিনা তৌহুনা লৈগদবনি হায়বসি ভগবান্না শ্লোকসিদা তাকপনি। ২৮।

হৌজিক প্রাণায়ামগী মশক ওইবা যজ্ঞ তৌবা মী শিংগী মরমদা শ্লোক অনীনা তাক্লগা যজ্ঞ তৌবশিং বু থাগংলি—

অপানে জুহ্বতি প্রাণং প্রাণেঽপানং তথাপরে।
প্রাণাপানগতীরুদ্ধা প্রাণায়ামপরায়ণাঃ ॥ ২৯ ॥
অপরে নিয়তাহারাঃ প্রাণান্ প্রাণেষু জুহ্বতি।
সর্ব্বেঽপ্যেতে যজ্ঞক্ষপিতকল্মষাঃ ॥ ৩০ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা:**— প্রাণায়ামপরায়ণা অপরে—প্রাণায়াম তৌবদা পূক্নী থিংজল্লবা অতোপ্পা মী শিংনা (যোগী শিংনা), প্রাণাপানগতীরুদ্ধা—প্রাণ অমস্থং অপানগী থবক সোন্দ হোন্দোক

হোনজিনবু থি,লগা অপানে—অপানবায়ুদা প্রাণ —প্রাণবায়ুবু, তথা=মতৌ অদুম্না প্রাণে= প্রাণবায়ুদা অপান —অপানবায়ুবু, জুহ্বতি=হোম তৌই ।২৯। নিয়তাহারা অপরে—চা, নাইনা চাবা থকপা অতোপ্পা যোগীশি,না, প্রাণেষু—প্রাণায়াম তৌরগা থি,ডুনা থম্লিবা প্রাণশি, অদুদা প্রাণান—জ্ঞানেন্দ্রিয় অমসুং কর্ম্মেন্দ্রিয়শি,বু জুহ্বতি—হোম তৌই। এতে যজ্ঞবিদ = মতো অসুম্না যজ্ঞশি,গী অনুষ্ঠান তৌবা সর্ব্বে অপি—যোগী পুম্নমকসি যজ্ঞক্ষপিতকল্মষা = যজ্ঞশি ডুনা পাপশি,বু মাঙ্‌হনখিবা ওাক্কনি ।৩ ॥

**অপুনবা অর্থ** — প্রাণায়াম তৌবদা পৃক্কী, থি জিল্লবা অতোপ্পা যোগীশিনা প্রাণ অমসু অপানবু থি লগা অপানবায়ুদা প্রাণবু অমসু প্রাণবায়ুদা অপানবু হোম তৌই ॥ ২৯ ॥ অদুগা চা নাইনা চাবা থকপা অতোপ্পা যোগীশি,না প্রাণায়ামনা থি ডুনা থম্লিবা প্রাণশি অদুদা জ্ঞানেন্দ্রিয় অমসু কর্ম্মেন্দ্রিযশি,বু হোম তৌই। মতৌ অসুম্না যজ্ঞশি,বু তৌবা যোগী পুম্নমকসিগী পাপশি বু যজ্ঞশি,ডুনা মাঙ্‌হনখিবা ওাক্কনি।৩ ।

## অথুপ্পা বা

প্রাণশি বু মখোযগী থবক তৌহন্দনা ফাজিন্দুনা থম্বসি প্রাণাযামনি। মসিবু যোগদর্শন্দা অসুম্না হায়রি — "তস্মিন্ সতি শ্বাসপ্রশ্বাসয়োর্গতিবিচ্ছেদ প্রাণায়াম (২/৪৯)"পদ্মাসন সিদ্ধাসন নচি,বা আসন নী থিনা সিদ্ধ ওইরবদা (ফম্বদা অনাবা পোক্কনা য়াম্না কুইনা ফম্না ডম্লবদা) আসন অমদা ফম্লগা সোর হোঞ্জিনবা (শ্বাস লৌবা) অমসু, সোর হোন্দোকপা (প্রশ্বাস তৌবা) অনীসিগী চৎপা (চৎথোক চৎশিন) অদুবু থি ডুনা থম্বা প্রাণায়াম্নি।

সূত্রদা হায়রিবা প্রাণায়াম অসি সূপ্পা কুম্ভক কৌবা প্রাণায়ামনি, পূরক অমসু, রেচক কৌবা প্রাণায়াম নত্তে। অদুগা শ্রীভগবাননসু কুম্ভক প্রাণায়াম অসিমক্তবু লৌদুনা "আপনে জুহ্বতি প্রাণং অসিনচি,বা হায়বনি। কুম্ভগী (চফগী) ঈশি থম্না লৈবা চফু অমসু ঈশি য়াওদনা লৈবা চফ অসুম্না খেন্নবদগী ফীবম অনী লৈ মতৌ অদুম্না মু,শিং থম্না লৈবা হকচা, অমসু, মু,শিং য়াওদনা লৈবা হকচা খেন্নবদগী হকচা,গীসু ফীবম অনী লৈ। মতৌ অসুম্না চফু অমসু, হকচা গী ফীবম অনী মান্নবদগী মু শিং থি,ডুনা থম্বগী মশক ওইবা প্রাণায়ামবু কুম্ভক কৌবনি। পূরক কৌবা প্রাণায়াম্না মু শিং চি শিল্লগা মপান থোকহন্দনা মু,শিংনা পুকথম্না থম্ববু আন্তর কুম্ভক কৌই অদুগা রেচক কৌবা প্রাণাযামনা পুক্তগী মু শিং চি থোক্লগা মমু চডুহন্দনা মপান্দা মু শিং থি,ডুনা থম্ববু বাহ্যকুম্ভক কৌই। অমা থোঙগী মফমদা লৈবা অপান বায়ুগী থবক্তি নাতোন মতোন্দা লৈবা প্রাবায়ুবু চি,শিন্দুনা খোয়দৌ ফাওবা পুরকপনি। পুরক্লিবা প্রাণবায়ুবু মপান থোকহন্দনা থি ডুনা থম্বা অদুবু (আন্তরকুম্ভক তৌদুনা থম্ববু) মফম অসিদা ভগবান্না অপান্দা প্রাণবু হোম তৌবনি তাকই অদুগা নাতোন মতোন্দা লৈবা প্রাণবায়ুগী থবক্তি সোর হোন্দোকপা মতমদা অপানবায়ুবু খোয়দৌ ফাওবা পুরকপনি (চি খৎপনি) মহুদা হোন্দোকপ্রিবা সোর (মু শিং)

অহুবু মমু.দা চঙহন্দমা মপান্দা থি.হুনা থম্ববু (বাহ্যকুম্ভক তৌববু) প্রাণদা অপাণবু হোম তৌই হায়বনি। প্রাণায়ামগী অশে.বা মওঙ করিনো হায়সিদি শাস্ত্রনা অস্মুম্না তাক্লি—"বেচক পূবক কুম্ভকলক্ষণঃ প্রাণনিবোধোপাযঃ প্রাণাযাম."— "প্রাণবু ফাজিন্দূনা থম্নবা উপায় রেচক পূরক অমস্যু. কুম্ভকপু প্রাণায়াম কৌই।" অহুমস্সিগী মওঙবুস্সু জাবালদর্শনোপনিষত্তা অস্মুম্না তক্লি—

বাহ্যাদপূবণং বায়োরুদবে পুবকো হি স।
সম্পূর্ণকুম্ভবদ্বাযোর্ধাবণং কুম্ভকো ভবেৎ।
বহির্বিবেচনং বাযোরুদবাদ্রেচকঃ স্মৃতঃ॥

(খণ্ড ৬। ২ ১৩)

"পূক থম্না মপান্দগী মু শিং চি.শিনবা অহু পূরকনি, ঈশি.না থম্না লৈবা চক্গী মতৌগুম্না চি.শিল্লবা মু শিং অহুবু পুক্তা লেঙদনা থম্বা কুম্ভকনি অহুগা মু.শিং অহুবু পুক্তগী মপান্দা থাদোকপা রেচকনি।"

অহুম অসিবু করম্না তৌগদগে হায়বস্সিবুস্সু খরদ খঙবনা চুম্মি। কম্নলনচি.বা থারগা মহুগী মথক্তা খোঙগ্রাই চন্দূনা অমস্যু. হকচা. তি না ফম্নগা (ওম্নবদি পদ্মাসন নত্রগা সিদ্ধাসন তৌহুনা ফম্নগা) অহানবদা ইষ্ট দেবতাবু নী.হুনা খুৎ-লোম্নহুনা খরুমজরগা য়েৎথ বা খুৎকী খুৎপীনা পিঙ্গলা কৌবা সূর্য্যনাডী (শি.লী) চত্ত না লৈবা য়েৎথ.বা নাতোনবু নমদূনা থমগদবনি অহুগা ইডা কৌবা চন্দ্রনাডী চত্ত না লৈবা ওইথ.বা নাতোন্দা তপ্না তপ্না মপানগী মুংশিংপু ওস্বমথৈ পুক্তা চি শিনগদবনি (পূরক প্রাণায়াম তৌগদবনি)। মহুগী মতু.দা ওয়থ.বা নাতোনবুস্সু খুদোম্বীনা নমদূনা থমগদবনি। মতৌ অস্মুম্না ওস্বমথৈ পুক্তা মু.শিং থম্নবা (কুম্ভক প্রাণায়াম তৌরবা) মতু দা য়েৎথ.বা নাতোন্দগী খুৎপী থাদোক্লনা মহদা ওস্বা মথৈ তপ্না তপ্না মু শিংপু মপান্দা থাদোকদবনি (রেচক প্রাণায়াম তৌগদবনি)। মহুগী মতু.দা অমুক হম্না য়েৎথ.বা নাতোন অহমক্তদা পূরক তৌগদবনি (মু.শি. চি.শিনগদবনি) অহুগা হান্নগী মতৌগুম্না কুম্ভক তৌরগা (মু.শিং থি.হুনা থম্নগা) খুদোম্বী থাদোক্লনা ওয়থ বা নাতোন্দা রেচক তৌগদবনি (মু.শিং থাদোকদবনি) অহুগা মহুমক্তদা হান্নগী মতৌগুম্না অমুক হম্না পূরকনচিংবা তৌগদবনি। মস্সিদা পূরক কুম্ভক অমস্যু রেচক অহুমসি তিল্লগা প্রাণায়াম অমা ওই। মতৌ অস্মুম্না মখোয়বু তৌবদা চা. নাইনা মতম কয়া চঙহনবা হৌনৈ হায়বহু অস্মুম্না তাক্লি—

ইডযা বায়ুমাবোপ্য শনৈ. ষোডশমাত্রযা।
কুম্ভয়েৎ পূবিতং পশ্চাচ্চতঃ ষষ্ঠ্যাতু মাত্রযা॥
বেচযেৎ পিঙ্গলানাড্যা দ্বাত্রিংশন্মাত্রয়া পুনঃ।
পুনঃ পিঙ্গলযাহহপূর্য্য পূর্ব্ববৎ সুসমাহিতঃ॥

(যোগতত্ত্বোপনিষৎ ৪১ ৪২)

"মাত্রা ১৬ থীজ্বনা ওযথ্‌বা নাতোন্দা পূরক তৌগদবনি। (নুংশিৎ চিংশিনগদবনি)। মতুগী মতংদা পুক্তা নুংশিৎ খিংলগা মাত্রা ৬৪ থীজ্বনা কুম্ভক তৌগদবনি, মতুদগী মাত্রা ৩২ থীজ্বনা ে প না নাতোন্দা নুংশিৎ থাদোক্লদবনি (রেচক তৌগদবনি)। মতৌ অসুম্না য়েংথংবা নাতোন অহুমক্তদা হায়নগী মতৌগুম্না পূরকনচি বা অমুক হন্না তৌগদবনি।"

মসিদা চাউবাক্তা সেকেণ্ড অমবু মাত্রা অমগী মতমনি খঙগনি। অহুবু হায়রিবা মতম অসি অ-ানবদা অভ্যাস তৌবা মীগীদি যাম্না শাংনা থোকই, মরম অসিনা মসিগী ত খায়দা অভ্যাস তৌজ্বনা— পূবক মাত্রা ৮-দা কুম্ভক ৩২ দা অমসুং রেচক মাত্রা ১৬তা তৌরবদি যুদোং চাগনি। অযবা গুরুদগী ত াজ্বা যোগাভ্যাসী নত্তবা অচম্বা মীনা অহুমদগী হৌজ্বনা মঙা ফাওবতা প্রাণায়াম তৌগদবনি, মসিদগী হেন্না তৌরোইদবনি, মশীং অসিদা নোংমদা অনীরক তৌবা য়াই। চাবা থকপদা নিযম লৈতবা কনাগুম্বনা প্রাণায়াম য়াম্না তৌববদি মঙোন্দা মখল-মখা অযাম্বা লায়না পোকলক্লনি, অহুগা চাং নাইনা খরদং তৌজ্বনা লৈরবদি যাম্না কান্নগনি। মসিগী মরমদা অসুম্না হায়রি—

যথা সিংহো গজো ব্যাঘ্রো ভবেদ্বশ্য শনৈ শনৈ।
তথৈব সেবিতো বায়ুরন্যথা হন্তি সাধকম্॥
প্রণাযামাদি যুক্তেন সর্ব্বরোগক্ষয়ো ভবেৎ।
অযুক্তাভ্যাসযোগেন সর্ব্বরোগসমুদ্ভব॰॥
(হঠযোগপ্রদীপিকা ২। ৫ ১৬)

"নোংশা, শামু অমসুং কৈবু তপ্প তপ্পা মীগী মথা পোলহন্দুনা থম্বা য়াই মতৌ অসুম্না সোরগী মশক ওইবা নুংশিৎ অসিবুসু অভ্যাস তৌবদগী তপ্প তপ্পা মীগী মথা পোলহনবা য়াই, মত্রবদি মজ্বনা অভ্যাসী অহুবু হাংলী। মতীক চানা চাং নাইনা তৌরিবা প্রাণায়ামদগী অনাবা পূম্নমক মাঙই, অহুগা মতীক চাদনা য়াম্না অভ্যাস তৌরিবা প্রাণায়াম অতুদগী অনাবা পূম্নমক পোক্লকই।"

চাং নাইনা নী থিনা তৌরিবা প্রাণাযামবু থাগত্তুনা অসুম্না হায়রি—"প্রাণাযামৈর্দহেদ্দো ষান্ ধারণাভিশ্চ কিল্বিষম॥ (মনু শ্ল ৬।৭২)—"প্রাণাযামগী দগী মনদা লৈবা য়াগনচি বা দোষ অসুং বাবণাশি দগী পাপ মাঙই।" ।২৯।

প্রাণা ামনচিংবা তৌজ্বনা লৈবা সাধক্লা মতম চানা অমসুং চাং নাইনা চাবা থকপনচি বা তৌগদবনি। মসিবুসু অসুম্না হায়রি—

দ্বৌ ভাগৌ পূরযেদন্নৈস্তোযেনৈকং প্রপূরযেৎ।
মারু তস্য প্রচারার্থং চতুর্থমবশেষযেৎ॥

"পুক্নী শরুক অনী চিঞ্জাক্না অমসুং শরুক অমা ঈশিংনা থলহনগদবনি, অদুগা লেমহৌবা শরুক অমা সোর হোম্নবা হাঙনা থমগদবনি।"

য়াম্না চাদুনা চাখিবা চীঞ্জাক অদু নীংথিনা তুমদবদগী থগেদুনা লৈরবদি কদৌউদম প্রাণায়াম তৌবা য়ারোই। মতৌ অসুম্না চাং নাইনা চায়গা পুক হাঙনা লৈবা মতমদা প্রাণায়াম তৌরগা থিংদুনা থম্বিবা প্রাণশিং অদুদা মপাম্থোংগী জ্ঞানেন্দ্রিয় অমসুং কর্মেন্দ্রিয়শিংবু মথোয়গী থবক তৌহন্দনা পুশিন্দুনা থমগদবনি। মসিবু মখম অসিদা ভগবান্না হোম তৌবনি তাকই। "প্রাণান্ প্রাণেষু" হায়বসিদা 'প্রাণান" গী অর্থ ইন্দ্রিয়শিংবু লৌগদবনি। মরমদি প্রাণ শব্দ বহুবচনদা (অয়াম্বা মশী দা) শীজিন্নরবদি মদুগী অর্থ ইন্দ্রিযশিং ওই, অদুগা একবচনদা (অমথক্ত ওইবা মশীংদা) শীজিন্নরবদি সোর ওইবা প্রাণগী অর্থ ওই। অসুম্না শীজিন্নবসি বেদ অমসুং উপনিষংশিংদা য়াম্না উবা ফংই। খুদম ওইনা—'তে হেমে প্রাণা অহংশ্রেয়সে বিবদমানা°" (বৃ উ ৬।১।৭)—মসিদা 'প্রাণা" গী অর্থ বহুবচন ওইবা মরমদগী ইন্দ্রিয়শিংনি "মীংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংনা ঐনা চাউই, ঐনা চাউই হায়না য়াম্না খংনৈ" হায়রবনি। অদুগা—'অথ হ প্রাণ উৎক্রমিষ্যন্' (বৃ উ ৬।১। ৩)—মসিদা—'প্রাণ গী অর্থ একবচন ওইবা মরমদগী সোর ওইবা প্রাণনি। "সোর ওইবা প্রাণ হকচাংদগী মপান থোক্কে তৌরবদা' হায়বনি। মরম অসিনা মসিগী শ্রীধরীটীকাদা "প্রাণানিন্দ্রিয়ানি প্রাণেষু জুহ্বতি" "ইন্দ্রিযশিংবু ইন্দ্রিয়শিংদা হোম তৌই অসুম্না অর্থ তৌই। মসিবু তশেংনা তাক্লবগীদমক মথাদা অসুম্না ইবি—"কুম্ভকে হি সর্ব্বে প্রাণা একীভবন্তীতি তত্রৈব লীয়মানেষ্বিন্দ্রিয়েষু হোমং ভাবয়ন্ত্যর্থ। —"কুম্ভক প্রাণায়াম তৌরবদা মীংনচিংবা ইন্দ্রিয় পুম্নমক অমত্ত ওইনা লৈ মতৌ অসুম্না অমত্ত ওইনা লৈরিবা ইন্দ্রিযশি অদুদা মশা মশাগী থবক তৌদুনা লৈরম্বা ইন্দ্রিযশিং অদুবু হোম তৌই (থবক থাদোকহল্লগা অমত্ত ওইনা লৈহল্লি) অর্থ অসিনি।" অদুবু মসি প্রাণাযামগী মতা ওইবা মরমদগী "প্রাণাযাম তৌরগা থিংদুনা অমত্ত ওইনা লৈরিবা প্রাণ অপান নচিংব প্রাশিংদা ইন্দ্রিযশি বু হোম তৌই" হায়না অর্থ তৌরবসু কায়দে নত্রগা কুম্ভক তৌরবদা অমত্ত ওইনা লৈবা প্রাণশিংদা মশা মশাগী থবক থাদোক্লগা প্রাণ অপান নচিংবা প্রাণশিংগী লৈববু হোম তৌই তাকপনি হায়বসু য়াই।৩॥

অসুম্না যজ্ঞ তৌদুনা লৈবা মীনা করি ফংবগে অদুগা তৌদবা মীনা করি ফংদবগে হায়বদু হৌজিক অসুম্না হায়রি—

যজ্ঞশিষ্টামৃতভুজো যান্তি ব্রহ্ম সনাতনম্।
নায়ং লোকোঽস্ত্যযজ্ঞস্য কুতোঽন্য কুরুসত্তম॥৩১॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — কুরুসত্তম=কুরু শাগৈদা খ্বায়দগী অথোইবা হে অর্জুন! যজ্ঞশিষ্টমৃতভুজ—যজ্ঞ তৌবদা চঙবা মতমদগী লেমহৌবা মতমদা শেংনা তানশিন্দুনা ফংবা অমৃত ওইবা চীঞ্জাকপু

চাদূবা লৈবা মী শিংনা ( অন্ত করণ শেংবদগী জ্ঞান ফংহুনা ), সনাতন, ব্রহ্ম = লেঙদনা নিত্য ওইবা লৈবা ব্রহ্মবু যান্তি = ফংই ( স সারদগী শাস্ত্রোক্তনা মুক্তি ফংই ), অযজ্ঞস্য = অহুগা মথক্তা হায়খ্রিবা যজ্ঞশিংগী মনু দা অমত্ত যাওবা তৌদবা মী অহুগীদি অয়ং লোক = মীওইবগী লোক অসি ফাওবস্যু, ন অস্তি = লেতে ( মীওইবগী জীবন অসিদা মহাক্না করিমত্ত নুংঙাইবা ফ দে ), কুত অন্য = মখল মখা অযাম্বা অফবা উপায়শিংতনা ফংবা য়াবা পরলোক অহুদি মহাক্না করম্না ফংগনি ? ( কদোংঙদস্যু যংবা ঙম্লোই ) ॥ ৩১ ॥

অপুনবা অর্থ — কুরুশিংগী মনুংদা অথোইবা হে অর্জ্জুন! যজ্ঞশিংসিবু তৌবদা চ বা মতমদগী লেমহৌবা মতমদা অফবা থবক তৌহনা শেংনা তানশিল্লগা ফংবা অমৃত ওইবা চীঞাক চাদূনা লৈবা মী শিংনা অন্ত করণ শেংবদগী জ্ঞান ফংহনা নিত্যব্রহ্মগী মশক ওইবা মোক্ষ ফংই। অহুগা হায়খ্রিবা যজ্ঞশিংসিদগী অমত্ত ফাওবা তৌদবা মীদি মীওইবগী লোক অসিদা ফাওবস্যু নুংঙাইবা ফংবা ঙমদে ফীবমসিদা মথোয়না পরলোক করম্না ফংগনি ।৩১।

জ্ঞানযজ্ঞদবু থাগৎনবগীদমক তাকখ্রিবা অতোপ্পা যজ্ঞশিংবু লোইশিন্দুনা অস্নুম্না হায়রি—

এবং বহুবিধা যজ্ঞা বিততা ব্রহ্মণো মুখে।
কর্ম্মজান বিদ্ধি তান সর্ব্বানেবং জ্ঞাত্বা বিমোক্ষ্যসে ॥ ৩২ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — এবং = মতৌ অস্নুম্না হায়খ্রিবা, বহুবিধা যজ্ঞা = মখল মখা অয়াম্বা যজ্ঞশিং, ব্রহ্মণ মুখে = বেদগী মচিন্দা ( বেদনা তাক্লুনা ), বিতৃতা = য়াম্না শন্দোকখি, তান সর্ব্বান্ = শন্দোকখিবা যজ্ঞ পুম্নমক অহুবু, কর্ম্মজান বিদ্ধি = হকচাং, মন অমস্যুং ৱাহৈশিংদগী ওইবা কর্ম্মশিংদগী ( কায়িক মানসিক অমস্যুং বাচিক কর্ম্মশিংদগী ) পোকপনি খঙউ, এবংজ্ঞাত্বা = অস্নুম্না খঙলগা, বিমোক্ষ্যসে = নহাক মুক্তি ফংগনি ।৩২।

অপুনবা অর্থ — মতৌ অস্নুম্না হায়খ্রিবা মখল মখা অয়াম্বা যজ্ঞশিংসি বেদনা তাকপা মরমদগী য়াম্না শন্দোকখি। শন্দোকখিবা যজ্ঞ পুম্নমক অহুবু হকচাং মন অমস্যুং ৱাহৈশিংদগী ওইবা কর্ম্মশিংদগী পোকপনি খঙউ, অস্নুম্না খঙলবদি নহাক মুক্তি ফংগনি ।৩২।

## অথূপ্পা ৱা

শ্লোক অসিদা ভগবান্না মথক্তা হায়খ্রিবা দ্রব্যযজ্ঞনচিংবা যজ্ঞ পুম্নমকপু কর্ম্মদগী পোকপনি খঙলবদি মুক্তি ফংগনি তাক্লি। অহুবু মুক্তিদি আত্মজ্ঞান নত্তবা অতোপ্পা জ্ঞান অমদগী ওইবা য়াদে। মরম অসিনা মসিদা অথূপ্পা ৱাদি অসিনি— ৱাখল লৈতবা অজ্ঞানী ওইবা মীনা মানা তৌরিবা থবক পুম্নমক অহুদা "ঐনা ( আত্মানা ) তৌই" হায়না মশাবু ( আত্মাবু ) মতম পুম্নমক্তা অতৌবনি ( কর্ত্তানি ) খঙই ( নীংই ), আত্মাবু অতৌবা নত্তে অমস্যু নিষ্ক্রিয়নি হায়বসি কদৌ ঙৈদস্যু খঙদে, মতৌ অহুম্না মথোয়না যজ্ঞশিংসিবু তৌবা মতমদস্যু মশাবু অতৌবনি খঙদুনা লৈ।

মরম অসিনা মফম অসিদা ভগবান্না তাক্লিবনি "নঙ নশাবু (আত্মাবু) যজ্ঞশিংসিগী অতোবনি খঙগন্নু, নশাবুদি ক্রিয়া অমত্ত লৈতবনি অমস্মু যজ্ঞশি অসিগা লোয়ননা শম্নদবনি খঙউ, অহৃগা যজ্ঞশিংসিবুদি হকচাং মন অমস্মু রাইহৈনচিংবদগী ওইবা কর্ম্মশিংদগী পোকপনি হায়বদি হকচাং-নচিংবনা তৌবনি খঙউ।" মতৌ অস্মুন্না আত্মাবু করিগুম্বা থবক অমগী কর্ত্তা নত্তে খঙলবদি মুক্তি ফংগনি হায়বা বানি ॥ ৩২ ॥

মরম অসিনা "ব্রহ্মার্পণং" (৪। ২৪)—শ্লোক অসিদা তাকখিবা জ্ঞানযজ্ঞ অহৃ দেবতানচিংবগী-দমক তৌরিবা দ্রব্যযজ্ঞ নচিংবগী মনুংদা খ্বায়দগী অথোইবনি অমস্মু মতু শংশঙনা মোক্ষগী সাধননি, অতৈ যজ্ঞশি অহৃদি জ্ঞানগীদমক্লি তাক্লুনা হৌজিক ভগবান্না অস্মুন্না হায়রি —

শ্রেয়ান্দ্রব্যময়াদ্‌ যজ্ঞাজ্‌ জ্ঞানযজ্ঞঃ পরন্তপ।
সর্ব্বং কর্ম্মাখিলং পার্থ জ্ঞানে পরিসমাপ্যতে ॥ ৩৩ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — পরন্তপ = যেক্লবশিংবু অরাবা পীবা হে অর্জ্জুন। দ্রব্যময়াৎ যজ্ঞাৎ — চেঙ, থোয়দি ঘীনচি বনা তৌরিবা যজ্ঞ অমস্মু উপাসনাগী মশক ওইনা পুক্লী হকচা নচি বনা তৌরিবা যজ্ঞ মসি পুম্নমক্কগী জ্ঞানযজ্ঞ = জ্ঞানগী মশক ওইবা যজ্ঞ (ঐ সচ্চিদানন্দ ব্রহ্মমক্লি হায়না খঙবগী মশক যজ্ঞ) অসি শ্রেয়ান = হেন্না ফবনি, মরমদি—পার্থ = পৃথাগী মচা হে অর্জ্জুন। সর্ব্বং কর্ম্ম — কর্ম্ম পুম্নমক অখিলং = লেমহৌবা তৌদনা, জ্ঞানে — ব্রহ্ম অমস্মু আত্মাগী অমত্ত ওইনা খঙবগী মশক ওইবা জ্ঞানদা, পরিসমাপ্যতে — লোই (লোমই) ॥ ৩৩ ॥

অপুনবা অর্থ ঃ— য়েক্লবশিংবু অরাবা পীদুনা লৈবা হে অর্জ্জুন! অচম্বা পোংশিংনা তৌরিবা যজ্ঞ অমস্মু উপাসনাগী মশক ওইবা পুক্লীং, হকচাংনচিংবনা তৌরিবা যজ্ঞ — মসি পুম্নমক্কগী জ্ঞানযজ্ঞসি অথোইবনি। হে পার্থ। মসিগী মরমদি কর্ম্ম পুম্নমক অসি লেমহৌবা লৈতনা জ্ঞানদা লোই ॥ ৩৩ ॥

## অথূপ্পা বা

নিষ্কামভাবতা তৌবা কর্ম্ম পুম্নমকসি সূপ্পা অন্তঃকরণ (মন) শেংদোক্লগা জ্ঞান ফনবগীদমক্লি, মন শেংত্রবদি নীংথিনা জ্ঞান ফংবা য়াদে। শ্রুতি স্মৃতিনচিংবনস্মু অস্মুন্না হায়রি—"ধর্ম্মেণ পাপ-মপনুদতি" (তৈ আ ১ ।৩৩। ৭) — "ধর্ম্ম ওইবা কর্ম্ম তৌবদগী পাপ মাঙই।" "কষায়ে কর্ম্মভিঃ পক্কে ততো জ্ঞানং প্রবর্ত্ততে।" —"নিষ্কামভাবতা তৌরিবা কর্ম্মশিংদগী মনদা লৈবা অমোংপা (পাপ) লৈত্রবা মতুংদা জ্ঞান ওই"। মরম অসিদগী কর্ম্ম পুম্নমক জ্ঞানদা লোই (লোমই) তাকপনি। অহৃগা জ্ঞানযজ্ঞগী মওঙ করিনো হায়বসি মুস্মু শাট্যায়নোপনিষত্তা অস্মুন্না তাক্লি—

ওঁমিত্যাত্মানমব্যগ্রো ব্রহ্মণ্যগ্নৌ জুহোতি যৎ।
জ্ঞানযজ্ঞঃ স বিজ্ঞেয়ঃ সর্ব্বযজ্ঞোত্তমোত্তমঃ ॥ ১৫ ॥

পূর্ব্বী, য়াম্না তপথনা ও অম্সুম্না শোল্লগা ব্রহ্মগী মশক ওইবা মৈদা আত্মাবু শোম তৌবা (আত্মার ব্রহ্মদা তিলহনবা) অসি জ্ঞানযজ্ঞনি খণ্ডগনি। মসি অফবা যজ্ঞ পূম্নমক্কী মন্নু দা খ্বাংদগী অফবা যজ্ঞনি।

মন্তো অম্সুন্না জ্ঞানযজ্ঞ তৌহুনা আত্মানা ব্রহ্মদা তিনগ্রবদা মহাক অমুক হন্না পোক্তে মুক্ত ওই। জ্ঞান ওইববতদা মুক্তি ওই হায়বসিবুসু শ্রুতিনা অম্সুম্না হায়রি— **সর্ব্বেষাং কৈবল্যমুক্তি-জ্ঞানমার্গেণোক্তা। ন কর্ম্মসাংখ্যযোগোপাসনাদিভি।"** (মুক্তিকোপনিষৎ ১/৬)— অধিকারী ওইবা মী পূম্নমক্কী কৈবল্যমুক্তি (অমুক হন্না পোক্কবগী মশক ওইবা মুক্তি) জ্ঞানগী লম্বীনা ফংই কর্ম্ম কাপিলসাংখ্য পাতঞ্জলযোগ উপাসানানচিংবনা কৈবল্যমুক্তি অসি ফংবা যাদে হায়। মরম অসিনা মখোয় পূম্নমক অসিদি জ্ঞানগী সাধন ওাক্তনি। সাধনশি অসিনা জ্ঞান ওইংনা মুক্তি ফংলবা মতম দা অমুক হন্না পোক্তে হায়বসিবু তাক্লবগীদমক শ্লোক অসিদসু ভগবাননা **সর্ব্বং কর্ম্ম** কর্ম্ম পূম্নমক জ্ঞানদা লোই হায়রগা অমুক হন্না মতুগী (সর্ব্বং কর্ম্ম অসিগী) বিশেষণ **"অখিলং"** লেমশৌবা লৈতনা পীরি। লৌকিক তৌরিবা কর্ম্মনচিংবা পূম্নমক অসিদি জ্ঞানগী সাধন ওইবা মরম্না জ্ঞানদা লোই হায়বা য়াই। অদুবু অহানবদা তৌখিবা অমসুং মতৌ চাদ্রিবা তৌ হুনা লেবা (সঞ্চিত ওইবা) কর্ম্মগী মহৈদি লৈহৌগনি চি নরবদা মখোয় অদুসু জ্ঞান ওইবা মতুংদা জ্ঞানী অদুগী লেমহৌদুনা লৈশৌদে মাওখি শায়বসি বিশেষণ অসিনা খঙংল্লী হায়না ভগবান্না তাকই। মরম অসিনা অমুক হন্না পোক্লবা মরম লৈতবদগী জ্ঞানী অমুক হন্না পোক্তে হায়বসি সিদ্ধ ওই ।৩৭।

অসিগুম্না জ্ঞানসিবু এনা কদায়দগী ফংবা ঙমগনি হায়না অর্জ্জুন্না হংলবদা মাবু অম্সুন্না তাক্রি—

তদ্বিদ্ধি প্রণিপাতেন পরিপ্রশ্নেন সেবয়া।
উপদেক্ষ্যন্তি তে জ্ঞানং জ্ঞানিনস্তত্ত্বদর্শিন ।৩৪।

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — তদ=কর্ম্ম পূম্নমক্কী মহৈ ওইবা জ্ঞান অদুবু (নঙনা আচার্য্যশিংগী মনাক্তা চৎলগা), প্রণিপাতেন—দণ্ডবৎ তৌনা খুরুমজহুনা সেবয়া=শ্রদ্ধাগা লোয়ননা সেবা তৌজহুনা, পরিপ্রশ্নেন=(অশংবা মশক্তা ঐ কনানো? করি মরমদগী সংসার অসিদা পুন্দুনা লৈরিবনো? কয়ম্বা উপায় তৌরগা পুল্লিবসিদগী নাস্থোকপা ঙমগনি? অসিনচি বা) মথল মথা অয়াম্বা হাংশিং হংজহুনা, বিদ্ধি=খঙনবা (ফংনবা) হো নৌ। তত্ত্বদর্শিন =আত্মতত্ত্ববু শংশঙনা খঙলবা, জ্ঞানিন জ্ঞানীশিংনা (কৃপা তৌবিহুনা) তে=নহাক্কীদমক জ্ঞানং উপদেক্ষ্যন্তি=জ্ঞানদুগী মরমদা উপদেশ পীবিগনি ।৩৪।

**অপূনবা অর্থ** — নহাক্না আচার্য্যশিংগী মনাক্তা চৎলগা মখোয়বু দণ্ডবৎ তৌনা খুরুমজহুনা মখোয়গী সেবা নীংথিনা তৌজহুনা অমসুং আত্মাগী মরমদা হাংশিং হংজহুনা জ্ঞান অদুবু ফংনব

হোংনৌ। আত্মাবু শংশংনা খঙলবা জ্ঞানীশিংনা কৃপা তৌবিনা জ্ঞানগী মরমদা নংবু উপদেশ পীবিগনি ॥ ৩৪ ॥

### অথূপ্পা বা

ব্যবহারদা চংনবা অচম্বা বিদ্যা অমা ফংগে হোংনবদসু মহুবু নীংথিনা তাকপিবা ওজা গুরু লৈত্রবদি মপুং ফানা খঙবা অমসুং ফংবা ঙমদে। ফীভম অসিদা মোক্ষগী সাধন ওইবা অমসুং য়াম্না থূপ্পা লৈবা ব্রহ্মবিদ্যা ফংগে হোংনবদা গুরু লৈত্রবদি মহ ফংবা ঙমদে হায়বসিদা করি চিংনফম লৈবগে ? মরম অসিনা মোক্ষ পাম্বা অধিকারী ওইবা মীনা মতীক চাবা গুরু থিনা মাগী মনাক্তা চ লগা বিদ্যা অসিবু ফংনবা হোংনগদবনি। শ্রুতিনসু অসুম্না হায়রি — 'তদ্বিজ্ঞানার্থং স গুরুমেবাভিগচ্ছেৎ সমিৎপাণি শ্রোত্রিয়ং ব্রহ্মনিষ্ঠম্ মু উ ১/২/১২) —"আত্মতত্ত্ব অহুবু খঙনবগীদমক অধিকারী ওইবা মী অহনা মথুক্তা অথেনপোং লৌরগা (পুরগা) বেদ শাস্ত্রনচিংববু নীংথিনা খঙবা অমসু আত্মতত্ত্বগী মশক ওইবা ব্রহ্মবু শংশংনা উরবা গুরুগী মনাক্তা চ কদবনি।" মসিগী মরমদি "আচার্য্যবান্ পুরুষো বেদ" (ছা উ ৬।১৪।২)— "তাকপিবা ওজা আচার্য্য লৈবা মীদনা আত্মতত্ত্বসিবু খঙবা ঙম্মি। য়াম্না পঙবা মী ফাওবসু গুরুগী কৃপা ফংলবদি মুক্ত ওই হায়বসিবুসু অসুম্না তাক্লি— 'তৎসেবা পরোহজ্ঞোহপি মুক্তো ভবতি" (উ ব্রা উ ৫।১)— "গুরুগী সেবা নীংথিনা তৌনা লৈবা অজ্ঞানী ফাওবসু মাগী কৃপাদগী জ্ঞান ফংদুনা মুক্ত ওই।" "মুক্তির্ন সন্দেহো যদি তুষ্ট স্বয়ং গুরু" (যা শি উ ৬।২৬)— "গুরু মশামক শিষ্যগী মথক্তা য়াম্না পেন্দুনা লৈরবদি শিষ্য অহনা মুক্তি ফংবদা করিমত্ত চাংনরম লৈতে। "যথা জাত্যন্ধস্য রূপজ্ঞানং ন বিদ্যতে তথা গুরূপদেশেন বিনা কল্পকোটিভিস্তত্ত্বজ্ঞানং ন বিদ্যতে।" (ত্রি ম উ ৫।১)— পোকপদগী মীং তাঙবা মীগী অঙাঙ অঙৌনচিংবা মচুশিংগী জ্ঞান লৈতবগুম্না গুরুদগী উপদেশ ফংদবা মীগী কল্প কোটি কোটিদসু তত্ত্বজ্ঞান ওইদে। মতৌ অসুম্না হায়রিবা প্রমাণশিংসিগী মতুং ইন্না মফমসিদসু ভগবান্না অর্জুনবু গুরুগী মনাক্তা চংলগা মঙোন্দা হংজনা আত্মতত্ত্বগী জ্ঞান অসিবু ফংনবা হোংনৌ তাকপনি। ৩৪।

হৌজিক আত্মতত্ত্বজ্ঞান ফংবগী মহৈবু অসুম্না হায়রি—

যজ্জ্ঞাত্বা ন পুনর্মোহমেবং যাস্যসি পাণ্ডব
যেন ভূতান্যশেষেণ দ্রক্ষ্যস্যাত্মন্যথো ময়ি ॥ ৩৫ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা**।— পাণ্ডব=পাণ্ডুগী মচা হে অর্জুন! যদ জ্ঞাত্বা—আচার্য্যদগী উপদেশ লৌদুনা আত্মতত্ত্বগী জ্ঞান অহুবু ফংলগা, পুন=অমুক হন্না, এবং=মতৌ অসুম্না (মাঙ তুংদা লৈরিবা পুম্নমকসি ঐগী শাগে নাতৈগী মরুপ মপাং ঙাক্তনি লান অসিদা ঐনা মখোয়বু করম্না হাংকনি— অসিনচিংবা খন্দনা), মোহং ন যাস্যসি=নহাক পুক্নীং শুম ঙংনা লৈররাই।

(ওন্ন-তৈনবা রাখল তৌরবোই', মসিগী মরমদি—যেন—আপ্তবুগী জ্ঞান অদগী অংশ যেন দ্রব্যানি =লেমহৌবা নৈতনা ব্রহ্মাদগী তুনীং কাও কাওবা জীব পুম্নমকপু অম্ভনি—মঙোন্দা, অথ উ মরি =অদুগা এৈঙোন্দসু (ভগবন্দসু) প্রকসি=নওনা উগনি (খঙগনি) ॥ ৩১ ॥

অপুনবা অর্থ — হে পাণ্ডব! গুরুগী উপদেশতগী জ্ঞান অদু ফংলগা নহাক অমুক হন্না মতৌ অসুম্না শুমঃজ্ঞ্না লৈরবোই। বোদি- জ্ঞান অদুদগী নংাক্না অচ চঙ থরায় পানবা পুম্নমকসিবু মঙোন্দা অদুগা এৈঙোন্দস উগনি ॥ ৩৫ ॥

অখুপ্পা বা

সর্ব্বং খল্বিদং ব্রহ্ম (ছ উ ৩।১৪।১)- "লেওনি-পান্নিবা পম্নমকসি ব্রহ্মনি হায়বসি বেদগী লেঙদবা সিদ্ধান্তনি। অচেতন ওইবা পুম্নমকসিদি—লৈপাক্লা শাবা চক্ফনচিংবা থবকশিং, ময়াম ওইনা উববসু লৈপাক্তগী অতোপ্পা নত্তবগুম্না মাযানা শাবা থবকশিং ওইবা মরমদগী মাযাদগী অতোপ্পা অমা নত্তে। "মাযামাত্রমিদং দ্বৈতম্" (মাণ্ডু কা ১।১৭) —"ব্রহ্মদগী অনীশুবা ওইনা লৈবগুম তৌরিবা অচেতন জগ অসি মাযামক্তনি।" অদুগা মাযা অসিবু পরমাত্মাগী শক্তি ওইবা মরমদগী মঙোন্দা (পরমাত্মাদা) চংজদুনা লৈবা মরম্না পরমাত্মাগী সত্তাদগী অতোপ্পা সত্তা অমা মাযাদা লৈতবদগী মশাক (মায়া) মিথ্যানি ব্রহ্মদগী অতোপ্পা পোং নত্তে। মরম অসিনা শ্রুতিনা অসুম্না হাযরি—

ঘটনাম্না যথা পৃথ্বী পটনাম্না হি তন্তব।
জগন্নাম্না চিদাভাতি সর্ব্বং ব্রহ্মৈব কেবলম॥

(যো শি উ ৪।১৭,১৮)

"লৈপাক চকুগী মিংদা অমসু লং ফিগী মিংদা উবগী মতৌগুম্না চেতনমক্তা জগৎকী মিংদা উবনি অশেবমক্তি উরিবা পুম্নমকসি পরমাত্মা ব্রহ্মমক্তি।"

মতৌ অসুম্না ময়াম ওইনা চেতন জীবশিং উরিবসিসু সুপ্পা অন্তকরণ ওইবা উপাধিশি ময়াম ওইবদগীনি উপাধিশিং অসিবু লৌথোক্লবদি নত্রগা থাদোক্লবদি অমত্ত ওইবা অশেংবা চেতন ব্রহ্মমক্তনি, মঙোন্দগী অতোপ্পা জীব কৌবা চেতন অমত্ত লৈতে। আকাশ অমত্র ওইরবসু যুম, চক্ফনচিবা উপাধিশিং ময়াম ওইবা মরমদগী যুম মমুংগী আকাশ চক্ত মমুংগী আকাশ অসিনচিবা হায়দুনা আকাশ ময়াম ওইনা উই, অদুবু উপাধিশিংসি থাদোক্লবদি সুপ্পা আকাশ অমত্ত লৈ। মতৌ অসুম্না অমত্ত ওইবা ব্রহ্ম, অন্তকরণ উপাধিশিংনা মরম ওইদুনা চেতন জীবশি ওইরগা ময়াম ওইনা উবনি উপাধিশিংসি লৈত্রবদি জীবাত্মাগী অশেংবা মশক ব্রহ্মনি, অতোপ্পা নত্তে। মরম অসিদগী "তত্ত্বমসি" (ছা উ ৬।৮।৭)— "পরমাত্মা নঙমক্তি"

হায়না শ্রুতিনা তাকই। শ্রুতি অসিদা "তৎ" কী অর্থ ঈশ্বরনি, অমুগা "ত্বম্" গী অর্থ জীবনি। মরম অসিনা শ্রুতিসিং (গীতাগী) শ্লোকসিগী মতুং, ইমা অর্থ তৌরবদি শ্রীভগবান কৃষ্ণ "তৎ" কী অর্থনি অদুগা অর্জুন "ত্বম্" গী অর্থনি। মসিদা ভগবান্না অর্জুনবু অসুম্না হায়রি — নঙনা গুরুগী উপদেশদগী আত্মজ্ঞান ফংলবদি অনীশুবা লৈতবা ব্রহ্মনকপু নশানক্লি খঙবা মরম্না নাচাম্দগী তোপ্পা। তৌদনা জীব পুম্নমকসিবু নঙোন্দা উগনি, অদুগা মাতৌ অদুম্না ঐস্মু নঙোন্দগী (খেন্নবা মরমদগী পাংচন্দসু পুম্নমক অসিবু উগনি অশেংবা মশক্তা নঙ অমসুং ঐ করিমত্ত (খেন্নদে মসি পুম্নমকসিবু শ্রুতিনসু অসুম্না তাক্লি— 'অহ মবেদং সর্ব্বম্' (ছা উ ৭।২৫।১) — পুম্নমকসি এনক্লি।' "আত্মৈবেদং সর্ব্বম্" (ছা উ ৭।২৫।২)—'পুম্নমকসি আত্মামক্লি।" একমেবাদ্বয়ং ব্রহ্ম নেহ নানাস্তি কিঞ্চন (অ উ ৬৩) — "অনীশুবা লৈতবা অমত্ত ওংবা ব্রহ্মনি মসিদা মখল মখা লৈতে।' মাতৌ অসুম্না খঙলবা মী অদু মঙোন্দা অতোপ্পা অমা উদবা মরমদগী করিগুম্বা পো অমা লৌরগা ৱাবা অমসু শুমহ পা তৌদে। শ্রুতিনসু অসুম্না হায়রি — 'চিদেকত্ববিজ্ঞানে ন শোচতি ন মুহ্যতি।" (কৃ হৃ উ ৪৬)— 'চেতন আত্মা অমত্তনি মহৃদগী অতোপ্পা অমা লৈতে খঙলবদা মীহুগী অৱাবা অমসু শুমহৎপা লৈতে।" মরম অসিনা ভগবান্না মকম অসিদসু আত্মতত্ত্ব খংবগী মহৈ ওইনা মথক্তা হায়রিবা ৱা পুম্নমকসিবু তাকপনি ॥ ৩৫ ॥

অসিগুম্বা জ্ঞানসিবু ঐনা ফংলবসু ভীষ্ম দ্রোনচিংবা পাপ লৈতে। অম্দা লমনশিংবু হাৎপগী পা অদুদি ঐ চান্দা শোযদনা। পকনি হায়না অর্জুনা চিংনরবদা ভগবান্না মাবু অসুম্না তাক্লি —

অপি চেদসি পাপেভ্যঃ সর্ব্বেভ্যঃ পাপকৃত্তমং।
সর্ব্বং জ্ঞানপ্লবেনৈব বৃজিনং সন্তরিষ্যসি ॥ ৩৬॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — করিগুম্বদা নহাক সর্ব্বেভ্য পাপেভ্য—পাপ তৌবা মী পুম্নমক্কী মরক্তা পাপকৃত্তম=খ্বাযদগী হেন্না পাপ তৌবা অপি অসি=ওইরবসু সর্ব্বং বৃজিনং—পাপ পুম্নমক অদুবু জ্ঞানপ্লবেন এব=জ্ঞানগী মশক ওইবা হি না শোযদনমক, সন্তরিষ্যসি =নীংথিনা লাম্থোকপা ঙমগনি ॥ ৩৬ ॥

অপুনবা অর্থ — করিগুম্বদা নহাক পাপ তৌবা মী-শিংগী মরক্তা খ্বাযদগী হেন্না পাপ তৌবা মী ওইরবসু পাপ পুম্নমক অদুবু জ্ঞানগী মশক ওইবা হি না শোযদনমক নীংথিনা লাম্থোকপা ঙমগনি ॥ ৩৬ ॥

সমুদ্রবু জুহাজনা লাম্থোকপগী মতৌগুম্না জ্ঞাননা পাপশিংবু লাম্থোকপা ঙম্লবসু সমুদ্রগুম্না পাপশিংদুদি খাঙলোই মুথোয় অদু মাঙদ্রবদি মখোয়গী মহৈ ওইনা সংসারসিদা অমুক হন্না অৱাবা

য়ৎবসিদি শোয়দবনি হায়রা অর্জুনা অমুক হন্না চিংনরবদা মসিগী পাউাম খুদমগা লোয়ননা অস্মুমা পীরি—

যথৈধাংসি সমিদ্ধোঽগ্নির্ভস্মসাৎকুরুতেঽর্জ্জুন।
জ্ঞানাগ্নি সর্ব্বকর্ম্মাণি ভস্মসাৎ কুরুতে তথা॥ ৩৭॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — অর্জুন—হে অর্জ্জুন। যথা—মতৌ অসুমা সমিদ্ধ অগ্নি = নীংথিনা চাক শংলবা মৈনা এধাংসি—শীংযাম্বু ভস্মসাৎ কুরুতে—উং ওইহল্লী, তথা=মতৌ অহুমা, জ্ঞানাগ্নি = জ্ঞানগী মশক ওইবা মৈনা সর্ব্বকর্ম্মাণি=কর্ম্ম পুম্নমকপ ভস্মসাৎ কুরুতে = উং ওইহন্দুনা মাঙহল্লী। ৩৭॥

**অপুনবা অর্থ** — হে অর্জ্জুন। নীংথিনা চাকখ শবা মৈনা শীংযাম্বু চাকথক্লুনা উং ওই হনবগী মতোগুম্না জ্ঞানগী মশক ওইবা মৈনা কর্ম্ম পুম্নমকপু উং ওইহন্দুনা মাঙহল্লী। ৩৭॥

অথুপ্পা বা

জ্ঞান অজ্ঞানগী যেক্লবনি, জ্ঞান লৈত্রিবা মতম অহুক্কী মখ অজ্ঞান লৈ, জ্ঞান পোকপমক্তদা অজ্ঞান মাঙই হায়বসি লেঙদবা নিয়ম্নি। অশানবদা আত্মাগী মশক খঙদবগী মশক ইবা অজ্ঞান লেরম্বা মরম্না মহুদগী — "ঐ কর্ম্ম তৌবা মীনি, তৌরিবা কর্ম্মশিং অহুগী মহৈবুস্নু ঐনা ফংগনি হায়না খঙলম্মি। অহুবু মতুংদা আত্মাগী অশেংবা মশক খঙদুনা "ঐ কর্ম্ম তৌবা মী নত্তে অহুগা কর্ম্মগী মহৈ চাবা মীস্নু নত্তে (কর্ত্তা অমস্নুং ভোক্তা নত্তে) ঐদি অশেংবা ব্রহ্মগী মশক্নি এঙোন্দা ক্রিয়া অমত্ত লৈতে" অস্মুমা খঙলবদা কম্মগী মরু ওইবা অজ্ঞান অহু মাঙখি। মহুবু মফম অসিদা ভগবান্না জ্ঞানগী মশক ওইবা মৈনা কর্ম্ম পুম্নমকপু উং ওইহল্লী হায়বনি, মৈনা শীংবু উং ওই নবগুম্না জ্ঞাননা কর্ম্মশিংবু শংশঙনা উং ওইহল্লী হায়বা নত্তে মরু লৈতবা মরমদগী কর্ম্ম পুম্নমব ময়োল চোংবা ঙম্মদনা অরেম্বদা মাঙই হায়বা রানি। অজ্ঞানগী মশক ওইবা মরু লৈরবদি অমুক হন্না পোকুনা সংসারগী অরা নুংঙাই ফংবাস শোয়দবনি। মরম অসিনা যোগদর্শনদা অস্মুম হায়রি—"সতি মূলে তদ্বিপাকো জাত্যায়ুর্ভোগা" (২/১৩)—"অবিদ্যাগী (অজ্ঞানগী) মা ওইবা মরু লৈরবদা কর্ম্মশিং অহু পোকপা, পুন্সি অমস্নুং অরা নুংঙাইগী মশক ওইবা ভোগ মা অহুমসি শোয়দনা পীদুনা লৈ। মরু লৈত্রবদি মখোয় অহু অমুক হন্না মহৈ পীবা ঙমদে। মে ভৌথোক্লবা চনাদগী ময়োল চোংথোকপা ঙমদবগুম্না কর্ম্মশিং অহুস্নু মহৈ পীবা ঙমদনা অরের মাঙই। অহুগা ময়োল চোংখিহুনা মহৈ পীহুনা লৈরিবা প্রারব্ধকর্ম্মদি জ্ঞানদগী মাঙবা যাদে মহুদি মহৈ পীবা লোইরবা মতুংমক্তদা মশা মতোমদা মাঙখিগনি অহুগা মতুংদা অমুক হন্না পোকু অনৌবা কর্ম্ম লৈতবদগী জ্ঞান ফংলবা মতুংদা মী অহু অমুক হন্না পোক্লোই, হিংল্লিঙৈ মতমদা জীবন্মুক্ত ওইহুনা লৈগনি। মরম অসিনা শ্রুতিনা অস্মুমা হায়রি — "ভ

তাবদেব চিরং যাবন্ন বিমোক্ষ্যেহথ সম্পৎস্যে" ( ছা উ ৬।১৪।২)—"আত্মাগী জ্ঞান ফংলবা মী অদুগী মুক্তি ফংবদা প্রারব্ধ কর্ম্ম লোইবা ফাওবদা ভাইবনি। মদু লোইবমক্তদা মহাক ব্রহ্মদা অমত্ত ওই।" 'বিদ্বান্ ব্রহ্মজ্ঞানাগ্নিনা কর্ম্মবন্ধং নির্দহেৎ" (পৈ উ ৪/১১) —"ব্রহ্মজ্ঞানগী মশক ওইবা মৈনা জ্ঞানীগী কর্ম্ম বন্ধনবু (কর্ম্মগী অপুনবা অদুবু) চাকথোকই।' "সঞ্চিতং বিলয়ং যাতি প্রবোধাৎ স্বপ্নকর্ম্মবৎ (অ উ ৪৩)— তুম্বদগী হৌগংলবদা মঙগী কর্ম্ম পূম্নমক মাঙখিবগী মতৌগুম্না আত্মজ্ঞান ফংদুনা হৌগংলবদা অজ্ঞানবদা তৌখিবা সঞ্চিত কর্ম্ম পূম্নমক পুম্নাঙ মাঙখি।

মরম অসিনা জ্ঞাননা কর্ম্ম মাঙখিদুনা জ্ঞানীনা মুক্তি ফংই হায়বসি অরেপ্পা সিদ্ধান্তনি॥ ৩৭।

পাপনচিবা য়াম্না কর্ম্মশিং মাঙহন্নবা শাস্ত্রদা প্রায়শ্চিত্তনচিংবা অফ অফবা কর্ম্মশিংবু য়াম্না তাক্লি মখোয়াশিংসু তৌরগা পাপ মাঙহন্নবা যাবদা জ্ঞানসিবু অসুক য়াম্না থাগত্তুনা মদুদবু ফংনবা হোৎনৌ হায়রিবসি করি মরমদগীনো হায়না হংলবদা মসিগী পাউখুম ভগবান্না অসুম্না পীরি—

ন হি জ্ঞানেন সদৃশং পবিত্রমিহ বিদ্যতে।
তৎ স্বয়ং যোগসংসিদ্ধঃ কালেনাত্মনি বিন্দতি॥ ৩৮।

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — ইহ=তাইবংপানবা অসিদা জ্ঞানেন সদৃশ =আত্মজ্ঞানসিগা মান্ননা পবিত্রং =শেংদুনবা ওন্না পোৎ হি=লেপ্পমক ন বিদ্যতে=লৈতে তৎ=আত্মজ্ঞান অদুবু কালেন=মতম কুইনদগী হৌদুনা, যোগসংসিদ্ধ =নিষ্কামকর্ম্মযোগগী অনুষ্ঠান তৌবদগী পূক্নীং শেংলবা মীদুনা, আত্মনি=অশেংবা পুক্নীং (অন্ত করণ) অদুদা, স্বয়ংবিন্দতি=অমুক হন্না হোৎনবা তৌদনা লায়না ফংই॥ ৩৮।

**অপুনবা অর্থ** — তাইবংপানসিদা আত্মজ্ঞানসিগা মান্ননা শেংহন্না ওন্না পোৎ অমত্ত লেপ্পমক লৈতে। আত্মজ্ঞান্ অদুবু মতম কুইনদগী হৌদুনা নিষ্কামকর্ম্মযোগগী অনুষ্ঠান তৌবদগী পুক্নীং শেংলবা মীদুনা অশেংবা পুক্নীং অদুদা হোৎনবা তৌদনা য়াম্না লায়না ফংই।৩৮।

**অথূপ্পা বা**

শ্রুতি স্মৃতিনচিংবা শাস্ত্রশিংনা তাক্লিবা প্রায়শ্চিত্ত কর্ম্ম অমসুং অচৌ-অচৌবা অশ্বমেধ যজ্ঞনচিংবা পূম্নমকসি পাপশিংবু মাঙহনবা ওন্না ওইরবসু মতম পূম্নমক্তদমক পাপশিংবু মাঙহনবা ঙমদে। অদুবা হীদাক চারগা লায়না (অনাবা) অমা কোকথ্রবসু মতুংদা অতোপ্পা লায়না তত্তুনা লাকপগী মতৌগুম্না প্রায়শ্চিত্তনচিংবা কর্ম্মশিংনা পাপ খরা মাংখ্রবসু মতুংদা অতোপ্পা পাপশিং লাক্কনা লৈ। মতদগী মথোয়গী মহৈ যংবসু শোয়দনা ওই। মসিদ নত্তনা কর্ম্মশিং অদুনা অজ্ঞানবদা তৌখিবা পুণ্যশিংবু মাঙহনবা ঙমদে পুণ্যশি অদু লৈরবদি স সারদা পোক্কনা

মহুগী মহৈ চাবস্থু শোযদবনি অহুগা অহুক হন্না অয যত্ত কর্ম্মশিবু তৌবস্থু অরেপ্পনি। মতৌ অস্থুম্না কর্ম্মগী চক্রসিদা চত্তুনা হন্না হন্না পোকপা শিবা নাইতুনা অরা অনা যংবা তংই। মসিগী মরমদি হায়বিবা কর্ম্ম পুম্নমকসি অজ্ঞানবু মাঙহনবা ঙমদে, কর্ম্ম অজ্ঞানগী যেক্লবা নত্তে। অজ্ঞান লৈবদগী মী পুম্নমক্না মশা মশাবু কর্ত্তা অমস্থং ভোক্তানি খল্লুনা কর্ম্ম তৌরিবা ঙাক্তনি। স্থপ্না জ্ঞাননা অজ্ঞান মাঙথিহনা কারণ (মরম) ওইবা অজ্ঞান লৈতবদগী পুণ্য অমস্থং পাপ অনীমক মাঙবা মরমনা মোক্ষ ওইবিবনি "জ্ঞানাদেব তু কৈবল্যম্" হায়বদি জ্ঞানমক্তগী মোক্ষ ওই অতোপ্পা উপাযদগী মোক্ষ ওইবা যাদে হায়বসি বেদগী লেঙদবা সিদ্ধান্তনি। মরম অসিনা ভগবান্না জ্ঞানগা মান্নবা অতোপ্পা পাবত্র ওইবা পোৎ অমা লৈতে তাকপনি। অহুগা জ্ঞান কবম্না ফংবা ঙনগনি হায়বসিবুস্থ নিষ্কামকর্ম্ম তৌবদগী অন্তঃকরণ শোলবদা অশেংবা অন্তঃকরণ অহুদা মতোমদা জ্ঞান ফোঙদোকপনি হায়না তাক্ল ॥৩৮॥

মসিদ নত্তনা নিষ্কামকর্ম্ম তৌহনা লেবা মতমদা জ্ঞান খুনা ফংনবা অথোইবা উপায়শিংবুস্থ অস্থুম্না তাক্লি —

শ্রদ্ধাবাঁল্লভতে জ্ঞানং তৎপরঃ সংযতেন্দ্রিয়ঃ।
জ্ঞানং লব্ধ্বা পরাং শান্তিমচিরেণাধিগচ্ছতি ॥ ৩৯ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — শ্রদ্ধাবান—"তত্ত্বমসি" হায়বদি "মহাক ব্রহ্মমক্নি" অসিনচিবা বেদান্তগী উপদেশশিংদা পুক্নী অনী লোঙদনা যাম্না চেৎনা থাজবা তৎপর=জ্ঞানহুবু ফংগে লেপ্পুনা মহুগী উপাযশিং তৌবিবা সংযতেন্দ্রিয়=ইন্দ্রিয়শিংবু থাকশিন্দুনা থম্লিবা মী অহুনা জ্ঞানং লভতে—আত্মতত্ত্বগী জ্ঞানহুবু ফংই জ্ঞানং লব্ধ্বা=অসিগুম্বা উপাযশিংনা জ্ঞান অহুবু ফংলগা অচিরেণ—থীন্দনমক পরাং শান্তিং—মোক্ষগী মাইক ওইবা পায়দগী অথেৎবা শান্তিবু অধিগচ্ছতি—মীহুনা ফংই ॥ ৩৯ ॥

অপূনবা অর্থ — ব্রহ্ম অমস্থং আত্মাবু অমত্ত ওইনা তাক্লিবা তত্ত্বমসি" অসিনচিংবা বেদান্তগী উপদেশশিংবু পুক্নীং অনী লোঙদনা থাজবা জ্ঞানহুবু ফংনবা উপায তৌবদা পক্নীং খম্বা (থিংজিনবা) অমস্থং ইন্দ্রিয়শিংবু থাকশিল্লিবা মী অহনা জ্ঞান অসিব ফংই অহুগা জ্ঞান অসিবু ফংলগা থীন্দনমক মানা পরমশান্তিগী মশক ওইবা মোক্ষ ফংই ॥ ৩৯ ॥

অথূপ্পা ৱা

শ্রদ্ধা কপ্নায়বু কৌই হায়বসিবু শাস্ত্রকারশিংনা অস্থুম্না তাকই— "শাস্ত্রাচার্য্যোপদিষ্টেঽর্থে অনয়ভূতেপ্যেবমেবৈতদিতি বিশ্বাসঃ শ্রদ্ধা — "শাস্ত্র অমস্থং আচার্য্যশিংনা উপদেশ পীহুনা তাকপা পোৎ অহুবু মতম অহুদা খঙবা ঙমদ্রবস্থ পোৎ অহু তাক্লিবা মতৌ অহুমক ওইগনি হায়না থাজববু শ্রদ্ধা কৌই।" অসিগুম্বা শ্রদ্ধা লৈরবতদা মী অহনা মতুংদা ফোংনরগা পোৎ অহুবু নীংথিনা খঙবা ঙম্মি। মরম অসিনা যোগভাষ্যকারনা শ্রদ্ধাবু থাগত্তনা মাগী কান্নববু অস্থুম্না

যরি - "শ্রদ্ধা চেতসং সম্প্রসাদ। সাহি জননীব কল্যাণী যোগিনং পাতি। তস্য হি শ্রদ্দধানস্য বিবেকার্থিন বীর্য্যং উপজাযতে। সমুপজাতবীর্য্যস্য স্মৃতিং উপতিষ্ঠতে। স্মৃত্যুপস্থানে চ চিত্তমনাকুলং সমাধীযতে। সমাহিতচিত্তস্য প্রজ্ঞাবিবেক উপাবর্ত্ততে। যেন যথার্থং বস্তু জানাতি।" (যো দ ১/২)— "মকালাম্না পুক্নীগী অপেনবা শ্রদ্ধানি। শ্রদ্ধা অসি হাইফবা তৌবিবী ঈমাগী মতোগুম্না যোগীবু ফত্তবশি দগী ঙাকশেনবিদুনা থম্মি। তাদুগত্তবু শঙনীবা আসুং শ্রদ্ধা লৈবা মী অহুগী থৌনা পোক্লকই। থৌনা নীথিনা পোক্লবা মীগী আশ্মর্থ ন্তনগী মশক ওইবা লেঙদবা বুদ্ধি ওইরকই। লেঙদবা বুদ্ধি লৈবা মীহুগী মন (থাওয়াই) অমা চিংগৎপা তৌদনা (তপথনা) সমাধিগী ফীবমদা লাকই। সমাধিগী ফীবমদা পক্লাবু থম্লিবা মী অহুগী আত্মতত্ত্বগী অচেৎপা জ্ঞান হন্না হন্না লাকই মহুদগী মানা অশেংবা আত্মতত্ত্ববু খঙই।

মবম অসিনা শ্রদ্ধা লৈতবা মীনা কদোউৈদসু আত্মতত্ত্ব খঙবা ঙম্মোই। ভগবান্নসু উদ্ধবকী মমমদা অসুম্না হায়রি— যান্ শ্রদ্ধযা চরন্মর্ত্যো মৃত্যুং জযতি দুর্জ্জযম॥ (ভা ১/২৯/৮) (হে উদ্ধব। এনা তাক্লিবা উপাযশিংবু শ্রদ্ধাগা লোযননা তৌহনা লৈবা মীনা লাকঙমদ্রবা মৃত্যু খুদম চনবদা যাম্না কন্না (রানা লুনা) থোকপা মৃত্যুবু জয তৌবা ঙম্মি।"

নারদ পরিব্রাজকোপনিষত্তসু অসুম্না হায়রি—

> শ্রাদ্ধালুমুক্তিমার্গেষু বেদান্তজ্ঞানলিপ্সযা।
> সদাবেদান্তবাক্যার্থং শৃণুযাৎ সুসমাহিত ॥
> (৬।১৭ ১৮)

মুক্তিগী লম্বীশিংদা শ্রদ্ধা তৌবা মীনা বেদান্তগী জ্ঞান ফংনীংদনা বেদান্তগী বাহৈশিংগী অর্থবু (আত্মা অমসুং ব্রহ্মাগী অমত্ত ওইনা তাকপা অর্থবু) মতম পুম্নমক্তা যাম্না পুক্নীং চঙনা তাগদবনি।

হায়রিবা অসিমকপু শ্রীভগবান্না মফম অসিদা "তৎপর" হায়বা ৱাহৈসিনা তাকই, অহুগা বেদান্তাভ্যাসনিরত শান্তো দান্তো জিতেন্দ্রিয (না পা উ ৬/২৩)—"মপাম্মোংগী ইন্দ্রিয শিংবু ফাজিন্দুনা অমসুং মনুংগী মনবু লাকশিন্দুনা ইন্দ্রিযশিংবু খুদম চন্দুনা থম্নগা বেদান্তগী অভ্যাস তৌবদা পুক্নীং থি জিনগদবনি" হায়বসিবু শ্লোকসিদা "সংযতেন্দ্রিয" হায়বা ৱাহৈসিনা তাকই। মতৌ অসুম্না— "বিশ্বস্যৈকং পবিবেষ্টিতাবং জ্ঞাত্বা শিবং শান্তিমত্যন্তমেতি।" (শ্বেত উ ৪/১৪) - তাইব পান পুম্নমকসিদা কোযনা শীন্ন থুনা লৈবা অমসু য়াইফবগী মশক ওংবা অমত্ত ঙায়বা তত্ত্ববু খঙলগা পরম শান্তিবু ফংই।" হায়রিবসিবুসু শ্লোকসিগী (গীতা ৪/৩৯)

আরোইবা শব্দক্তা শ্রীভগবান্না অর্জ্জুনবু তাকই। মরম অসিদগী পরম শান্তিবু ফংনীংবা মীনা পুক্নীং অনী লোঙদনা শ্রদ্ধা থম্লগা আত্মতত্ত্ববু খঙনবা উপায়শিং তৌনা লৈগদবনি ॥ ৩৯ ॥

মতৌ অসুম্না জ্ঞান ফংনবা উপায়শিংবু তাক্লগা মখোযশিং (উপায়শিং) অসিবু তৌনীংদবা মীনা করম্না মাংহ ফংগনা লৈ হা বসি হৌজিক তাক্লি—

অজ্ঞশ্চাশ্রদ্দধানশ্চ সংশয়াত্মা বিনশ্যতি।
নায়ং লোকোঽস্তি ন পরো ন সুখং সংশয়াত্মনঃ ॥ ৪০ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — অজ্ঞ = শাস্ত্রনচিংবু নীংথিনা খঙদবদগী আত্মজ্ঞান লৈতবা মী, চ = অমসু, অশ্রদ্দধান = শাস্ত্র অমসুং আচার্য্যনচিংবনা তাকপা পাউতাক্তা (উপদেশদা) থাজদবা (শ্রদ্ধা তৌদবা) মী, চ = অমসুং সংশয়াত্মা = মসি অসুম্না ওইগদ্রা নত্রগা ওইবোইদ্রা হায়না পুক্নীংদা চিংনগনবা মী অদুম অসি, বিনশ্যতি = মশাগী কান্নবা থবক নীংথিনা তৌবা ঙমদনা অরেম্বদা মাঙই অদুগা, সংশয়াত্মন = যাম্না চিংনগনবা মীগীদি অসং লোক = মীওইবগী ওইনা লৈবিবা লোক অসি ন অস্তি = লৈতে, ন পর = লৈবা মতুংদা ওইগদবা লোক লৈতে, ন সুখ = নিংথিংদা নুংঙাইবসু লৈতে ॥ ৪০ ॥

অপুনবা অর্থ — অজ্ঞানী ওইবা মী, শ্রদ্ধা লৈতবা মী অমসুং যাম্না চিংনগনবা মী অদুমসি অরেম্বদা মাঙই। অদুগা চিংনগনবা মীগীদি মীওইবগী লোক অসি লৈতে, পরলোক লৈতে অমসুং নুংঙাইবসু লৈতে ॥ ৪০ ॥

**অথুপ্পা বা**

অজ্ঞানী ওইবসু মীংগী শাস্ত্র, আচার্য্যনচিংবনা তাকপা পাউতাকশিংদা শ্রদ্ধা লৈববদি মশাগী যাইফনবা লম্বীদা মতৌ গী মথমদা চঙনরগা মখোযনা তাকপা মতু ইন্না হোৎনরগা আত্মজ্ঞান ফংবসু ঙমগনি। অদুবু অজ্ঞানী ওইরগা শ্রদ্ধাসু লৈত্রবদি মপাক্তা মশাগী যাইফনবা হোৎনরোই। আসগুম্বা মীগীদি আত্মজ্ঞান ফংবা ঙমথোক্তবনি। মরম অসিনা শ্রদ্ধা লৈতবা অজ্ঞানী অরেম্বদা মাঙই। মসিগী মথক্তা মতাক যাম্না চিংনগনবা মী অমা ওইরবদি মাঙবদগী মথক্তা যাম্না হেনগৎনা লৈখা তানা মাঙই মরম অসিদগী ভগবান্না শ্লোক অসিগী অনীশুবা পক্তিদা (পরেংদা) চিংনগনবা মীনী ইহলোক পরলোক অমসু নুংঙাইবা লৈতে হায়না তোঙা তাকপনি। যাম্না চিংনগনবা মীগী শেল থুম তানবনচিংবা করিগুম্বা থবক অমা তৌবা মতমদসু — থবক অসিদগী ঐবু শেল ফংগদরা নত্রগা মাঙগদরা ?" অসিনচিংবা মখল-মখা যাম্না চিংনবা মরমদগী মহাক্না থবক অদুবু পুক্নীং লৈতানা পাঙথোকপা ঙম্মোই মদুদগী মহাক্কী ইহলোক অসি মাঙই। মতৌ অসুম্না পরলোকীদমক ধর্ম্ম কর্ম্ম তৌবদসু চিংনবা মরম্না শিরবা মতুংদা

মশামক লৈগনি লৈরোই নীংথিনা খঙদবদগী পরলোকস্তু মাঙই। অদুগা হিংহূনা লৈরিবগী মতমদা খোঙথাং খোঙথাং, খুদিংমক্তা চিংনবা মরমদগী অকিবা পোক্তুনা মুংঙাইবস্তু ফংবা ঙম্মোই। মরম অসিদগী থোইদোক হেন্দোক্না চিংনগনবা মী মাঙই হায়বসি অরেপ্পা বানি। মৈত্রেয়্যুপ নিষৎস্ত অস্তুম্না হায়রি

অসংশয়বতাং মুক্তিং সংশয়াবিষ্ট চেতসাম্।
ন মুক্তির্জন্মজন্মান্তে তস্মাদ্বিশ্বাসমাপ্নুয়াৎ॥ (২/১৩)

"আত্মাগী মরমদা চিংনদবা মীগী মুক্তি ওই, চিংনগনবা মীশিংগীদি মপোক কয়ামুক হুম্না পোক্তুনস্তু মুক্তি ওইদে। মরম অসিনা থাজবা ফংনবা হোংনগদবনি।"

অসিগুম্না মী শিং শিরবা মতুংদা কদাযদা চংলি হায়বসিবু শ্রুতিনা অস্তুম্না তাক্লি—

অনন্দা নাম তে লোকা অন্ধেন তমসাঽঽবৃতা।
তাংস্তে প্রেত্যাঽভিগচ্ছন্ত্যবিদ্বাংসোঽবুধো জনাঃ॥
(বৃ উ ৪/৪/১১)

"উদবী (অজ্ঞানগী) মশক ওইবা অমম্বনা কুপ্পনা লৈবা অমসুং মুংঙাইবা মচেৎ অমত্তং ফাওবস্তু লৈতবা অনন্দা কৌবা লোকশি লৈ। লোকশিং অদুদা শাস্ত্রবু করিমত্ত খঙদবা অমসুং থাজদবা অজ্ঞানী ওইবা মী শিং শিববা মতুংদা চংলী। ॥ ৪ ॥

পূম্নাঙ মাঙনবগী মন্দ ওইবা অসিগুম্বা চিংনবসিবু পূমকোক কোকহন্নবগী উপায় আত্মজ্ঞানি তাক্তুনা হৌজিক ভগবান্না অহুমশুবা অমসুং মরিশুবা অধ্যাযদা হায়খিবা কর্ম্মনিষ্ঠা অমসুং জ্ঞাননিষ্ঠাবু লোইশিন্দুনা অস্তুম্না হায়রি—

যোগসংন্যস্তকর্ম্মাণং জ্ঞানসংছিন্নসংশয়ম্।
আত্মবন্তং ন কর্ম্মাণি নিবধ্নন্তি ধনঞ্জয়॥ ৪১॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — ধনঞ্জয়=হে অর্জুন। যোগসংন্যস্তকর্ম্মাণং—ভগবানগী আরাধনাগী মশক ওইবা নিষ্কামকর্ম্মযোগনা ভগবানগী মফমদা কর্ম্ম পূম্নমকপু কংলবা, নত্রগা জ্ঞানযোগনা মরম ওইদুনা কর্ম্ম পূম্নমকপু থাদোক্লবা, জ্ঞানসংছিন্নসংশয়—আত্মজ্ঞানগী মশক ওইবা থাঙশাংনা চিংনবা পূম্নমকপু ককথংলবা, আত্মবন্তং—অমসুং সংসারগী পোংশিংদা মন চোইথোক্লবা মীদুবু, কর্ম্মাণি =ব্যবহার অমসুং শাস্ত্রগী কর্ম্মশিংনা, ন নিবধ্নন্তি—সংসারদা পুন্দুনা থমদে॥ ৪ ।

**অপূনবা অর্থ** —হে ধনঞ্জয়! নিষ্কামকর্ম্মযোগনা ভগবানগী মফমদা কর্ম্ম পূম্নমকপু কংথোক্লবা, আত্মাজ্ঞান চিংনবা পূম্নমকপু মাঙহল্লবা অমসুং সংসারগী পোংশিংদা পুক্নীং চোইথোক্লবা মী অদুবু ব্যবহার অমসু শাস্ত্রগী কর্ম্মশিংনা সংসারদা পুন্দুনা থমদে॥ ৪১॥

মতৌ অসুম্না নিষ্কানকম্ম তৌবদগী অন্ত করণ শেংলবা মীনা জ্ঞান ফংহনা আত্মাগী মরমদা চিংনবা পূম্নমক মাঙহনবা ঙম্নি। মরম অসিনা অর্জুন নংসু চিংনবা পূম্নমকপু জ্ঞাননা কোকহনবা ঙম্নবা নিষ্কামকর্ম্মগী অনুষ্ঠান তৌ হায়না ভগবান্না অধ্যায়গী অরোইবসিদা অর্জুনবু অসুম্না উপদেশ পীরি —

তস্মাদজ্ঞানসংভূতং হৃৎস্থং জ্ঞানাসিনাত্মনঃ।
ছিত্ত্বৈনং সংশয়ং যোগমাতিষ্ঠোত্তিষ্ঠ ভারত ॥ ৪২ ॥

ইতি শ্রীমদ্ভবদ গীতাসূপনিষৎসু ব্রহ্মবিদ্যায়াং
যোগশাস্ত্রে শ্রীকৃষ্ণার্জ্জুনসংবাদে জ্ঞান কর্ম্মসন্ন্যাস যোগো নাম
চতুর্থঽধ্যায় ॥ ৪ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — ভারত — ভরতকী শাগৈদা পোকপা হে অর্জুন! তস্মাৎ = মরম অসিদগী অজ্ঞানস ভূত = আত্মাবু খঙদবগী মশক ওইবা অজ্ঞানদগী পোকপা হৃৎস্থং = থম্মোইদা (পুক্নীংদা) লৈবা, এনং সংশয়ং = আত্মাগী মরমদা চিংনবসিবু, আত্মন জ্ঞানাসিনা — নশাগী (আত্মাগী) অশেংবা তত্ত্ববু খঙবগী মশক ওইবা জ্ঞানগী থাঙশাংনা, ছিত্ত্বা — ককথংলগা, যোগং আতিষ্ঠ — সাক্ষাৎকারগী মশক ওইবা জ্ঞান ফংনবগী উপায় নিষ্কামকর্ম্ম তৌ, মরম অসিনা — উত্তিষ্ঠ = হৌজিক লান তৌনবগীদমক হৌগংলো (শেম শারো) ॥ ৪২ ।

অপুনবা অর্থ — হে ভারত। মরম অসিদগী আত্মাবু খঙদবগী মশক ওইবা অজ্ঞানদগী পোকপা অমসুং পুক্নীংদা লৈবা আত্মাগী মরমদা চিংনবা অসিবু জ্ঞানগী থাঙশাংনা ককথংলগা সাক্ষাৎকার ওইবা (শংশঙনা খঙবগী মশক ওইবা) জ্ঞান ফংবা উপায় নিষ্কামকর্ম্ম তৌ। মরম অসিনা হৌজিক হৌগংলো, লান তৌনবা শেম শারো । ৪২ ।

অথুপ্পা বা

শ্লোক অনীসিদা হায়খ্রিবা রাশিংসি সুপ্পা অর্জুনগীদমক্তা নত্তে, মোক্ষ পামহনা আত্মাবু নীথিনা খঙনীংবা মী পূম্নমক্কী ওইনা ভগবান্না হায়বনি। অহানবদা আত্মাগী অশেংবা মশক অদুবু শাস্ত্র অমসুং আচার্য্যনচিংবদগী নীংথিনা খঙলগা মদুগী মরমদা চিংনবা পুম্নমক লৈহল্লোই-দবনি। মতো অসুম্না পরোক্ষ ওইনা (শ শঙনদি উদনা) খঙলিবা আত্মাগী মশকপু অপোরোক্ষ ওইনা (শংশঙনা) খঙবা ঙম্নবা উপায় নিষ্কামকর্ম্মগী অনুষ্ঠান তৌহনা লৈগদবনি। মদুদগী পুক্নীং শেংলাকহনা অশেংবা পুক্নীংদা অদুগা আত্মাগী সাক্ষাৎকার ওইবা (শংশঙনা খঙবগী মশক ওইবা) জ্ঞান ফংগনি। মদু ফংলবদা অমুক হন্না কর্ম্মনা পুন্দুনা সংসারসিদা লাক্রোই। প্রারব্ধ কর্ম্ম লোইবগা লোয়ন লোয়ননা অন্ত করণ উপাধিসু মাঙখিদুনা মতম পূম্নমক্কীদমক ব্রহ্মদা

তিনগনি। মসিবু শাস্ত্রদা কৈবল্য মোক্ষ কৌই। মসি ফংলবদা অমুক হন্না হল্লক্তে হায়বসিবু বেদান্তদর্শনদা অস্থুম্না হায়রি—"অনাবৃত্তিঃ শব্দাৎ" (৪।৪।২২)—"ন চ পুনরাবর্ত্ততে" (ছা উ ৮।১৫।১)—"ব্রহ্মবু মশাগী মশক ওইনা শংশডম্না খঙবা মী অমুক হল্লক্তে" হায়না তাকপা শ্রুতিসিগী মতু্ং ইন্না "কৈবল্য মোক্ষ ফংবা মী অমুক হন্না হল্লক্তে।" মসি ফংবসিবু পরমপুরুষার্থ কৌই। মরম অসিন্না মী খুদিংমক্না মসিবু ফংনবা হোৎনবসি অথোইবা মথৌনি।৪২।

মতৌ অস্থুম্না শ্রীভগবান্না শকপা উপনিষৎশিংদা ব্রহ্মবিদ্যাগী মশক ওইবা যোগশাস্ত্রগী
মনুংদা অর্জ্জন অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী বাহং-পাউখুম ওইনা ভাঙনবদা
"জ্ঞান অমসুং কর্ম্ম সংন্যাস যোগ" কৌবা মরিশুবা অধ্যায়গী
স্বামী যোগেন্দ্রানন্দনা ইবা অথুপ্পা বাগা লোয়নবা
অন্বয় ব্যাখ্যা লোইরে॥ ৪॥

—ॐ—



# শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতা

(পঞ্চমোহধ্যায়)

## মঙাশুবা অধ্যায়

মঙাশুবা অধ্যায় অসিগী মমিং কর্ম্মসন্ন্যাস যোগনি। মসিদা মরু ওইবা মখল মখা অযাম্বা সাধনশিংগী অভ্যাস তৌবদগী পোকপা অমসুং মুক্তিগী শংশঙনা সাধন ওইবা আত্মজ্ঞানবু তাক্কনি। মতুদা শ্রীভগবান্না অহুমশুবা অধ্যাযদা "লোকেঽস্মিন দ্বিবিধা নিষ্ঠা" (৩।৩) অসিনচিংবনা জ্ঞানযোগ অমসুং কর্ম্মযোগ তাকলগা— "ন কর্ম্মণামনারম্ভাৎ" (৩।৪) অসিনচিংবনা পূর্ব্বাং শেংদনা সন্ন্যাস লৌবদগী কান্নবা লৈতে হাযখি। অদুগা মরিশুবা অধ্যাযদা— "ত্যক্তসর্ব্বপরিগ্রহ (৪।২১) অসিনচি বনা সন্ন্যাস লৌদুনা ব্রহ্মচিন্তন তৌবদগী মুক্তি ফংই হাযরগা অরোইবদা— "যোগমাতিষ্ঠ" (৪।৪২) অসুম্না নিষ্কাম কর্ম্মযোগ তৌনবা ভগবাননা অর্জ্জুনবু তাকখি। অদুবু কর্ম্মসন্ন্যাস অমসুং কর্ম্মযোগ অনী অসিবু লেঙদনা লৈবা অমসুং চংপগী মতোগুম্না মতম অমত্তদা মী অমনা তৌবা ঙমদে। মরম অসিনা অনীসিগী মরু দা করম্বা তৌরগা এগী (অর্জ্জুনগী) কান্নবা ওইগনি হাযবসি খংনী না ত ন্না শ্রীভগবানগী মমাংদা অর্জ্জুননা হংজরি—

### অর্জ্জুন উবাচ

সন্ন্যাসং কর্ম্মণাং কৃষ্ণ পুনর্যোগঞ্চ শংসসি।<br>
যচ্ছ্রেয় এতয়োরেকং তন্মে ব্রূহি সুনিশ্চিতম ॥ ১ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** —অর্জ্জুন উবাচ=অর্জ্জুন্না হাযজখি— কৃষ্ণ=ভক্তশিংগী অরাববু কোকপিহৌবা হে কৃষ্ণ! কর্ম্মণাং=শ্রুতিস্মৃতিনচিংবা শাস্ত্রশিংনা তৌ হায়না তাকপা নিত্য নৈমিত্তিকনচিংবা কর্ম্ম শিংগী, সন্যাসং শংসসি=থাদোকপবু নংাক্লা থাগংলী, পুন চ—অদুগা অমুক হন্না, যোগং শংসসি=কর্ম্মযোগবু থাগংলী, (অদুবু অজ্ঞানী ওইবা মী অমনা অনীসিবু মতম অমত্তদা তৌবা ঙমদবা মরমনা) এতয়োঃ=অনীসিগী মরুংদা, একং=অমত্তং, যৎ শ্রেয়=ঐগীদমক অফবা (যাইফবা) ওইগনি খনবিবহ্নু, তৎ=মহুমক্তবু, সুনিশ্চিতং—নীংথিনা লেপ্লগা, মে ব্রূহি—ঐঙোন্দা হাযবিয়ু ॥

**অপুনবা অর্থ** :— অর্জ্জুননা হংজখি—হে কৃষ্ণ। শাস্ত্রনা তৌ তাকপা নিত্য নৈমিত্তিকমচিংবা কর্ম্মশিংগী থাদোকপবু ( সন্ন্যাস তৌববু নহাকনা অহানবদা থাগৎলী অদুগা অমুক হন্না কর্ম্মযোগবু থাগংলী। অনীমিগী মনুংদা ঐগী অফবা ওইগদবা অমত্তং নীংথিনা লেপ্পগা মহ ঐঙোন্দা তাকপিয় ॥ ১।

অগৃথা যা

কর্ম্মসন্ন্যাস অমসুং কর্ম্মযোগ অনীসিমকপু বেদনা অসুম্না তাক্লি— "এতমেব প্রব্রাজিনো লোকমিচ্ছন্তঃ প্রব্রজন্তি" ( বৃ উ ৪।৪।২২ )— "পরিব্রাজক সন্ন্যাসীগী লোক ( আত্মাদগী খেন্নদবা ব্রহ্ম ওইবা লোক ) অসিমকতবু পামদুনা মী শিংনা সন্ন্যাস লৌই।" "তমেতং বেদানুবচনেন ব্রাহ্মণা বিবিদিষন্তি যজ্ঞেন দানেন" ( বৃ উ ৪।৪।২২ )— "মোক্ষ পাম্বা মী শিংনা ব্রহ্মদগী খেন্নদবা আত্মাসিবু বেদ তমদুনা যজ্ঞ অমসুং দান তৌদুনা খঙবা নীংই।" মরম অসিনা শ্রীভগবান্না অনীসিবু মনীংতম্না অর্জ্জুনবু হায়বা নত্তে বেদনা তাকপা মতুংইন্না হায়বনি। মতুদা পুক্নীং শেংখিদুনা সংসারগী পোৎশিংদা অপাম্বা থাদাক্লবা মীশিংগীদমক সন্ন্যাস তৌনবা তাকপনি অদুগা পুক্নীং শে দবা মরমদগী সংসারগী পোৎশিংদা অপাম্বা থাদোকপা ঙমদ্রিবা অমসুং মোক্ষ ফ ববুদি পাম্বা মী শিংগীদমক পুক্নীং শেংনবা নিষ্কামকর্ম্ম তৌ হায়না তাকপনি। মরম অসিনা নিষ্কামকর্ম্মসি জ্ঞান ফংনবগীদমক পুক্নীং শেংনবা সাধন নী, অদুগা মদুদগী পুক্নীং শে লবদা কর্ম্মসন্ন্যাস তৌদুনা জ্ঞান ফংবা অসি মোক্ষগী সাক্ষাৎ সাধন নী। অনীসিগী মনুংদা অর্জ্জুনগী মতীক চাবা করম্নো হায়বসি খঙনীংদুনা মানা শ্রীভগবানগী মফমদা হংজরিবনি ॥ ১॥

মতৌ অসুম্না অর্জ্জুনগী যুক্তি যুক্ত ওইবা ৱাহং তাবগা মদুগী পাউখুম শ্রীভগবান্না অসুম্না পীরি—

**শ্রীভগবানুবাচ**

**সন্ন্যাসঃ কর্ম্মযোগশ্চ নিঃশ্রেয়সকাববভৌ।**

**তযোস্তু কর্ম্মসন্ন্যাসাৎ কর্ম্মযোগো বিশিষ্যতে ॥ ২॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা** —শ্রীভগবান উবাচ = শ্রীভগবান্না তাকপিখি— সন্ন্যাস = শ্রুতি-স্মৃতিশিংনা তৌ হায়না তাকপা কর্ম্মশিংবু থাদোক্লুনা সন্ন্যাস লৌবা চ = অমসু, কর্ম্মযোগ = কর্ম্মশিং অদুবু ঈশ্বরদা কথোক্লুনা মহৈ পামদনা তৌদুনা লৈবা উভৌ = অনীমক অসি, নিঃশ্রেয়সকরৌ = মোক্ষ ফ নবগী উপায়নি, তু = অদুবু তয়োঃ = অনীদুগী মনুংদা, কর্ম্মসন্ন্যাসাৎ = পুক্নীং শেংদনা কর্ম্ম থাদোক্লুনা সন্ন্যাস লৌবদগী, কর্ম্ম যোগঃ = পুক্নীং শেংনবা উপায় নিষ্কামকর্ম্ম তৌদুনা লৈবনা বিশিষ্যতে = হেন্না ফৈ ॥২।

**অপুনবা অর্থ** :— শ্রীভগবান্না তাকপিখি—কর্ম্ম তৌবা থাদোক্লুনা সন্ন্যাস লৌবা অমসুং নিষ্কামকর্ম্ম তৌদুনা লৈবা অনীমক অসি মোক্ষ ফংনবগী উপাযনি। অদুবু পুক্নীং শেংদনা কর্ম্ম থাদোক্লুনা সন্ন্যাস লৌবদগী পুক্নীং শেংনবা নিষ্কামকর্ম্ম তৌদুনা লৈবসিনা থোইনা হেন্না ফৈ ॥২॥

অথূপ্পা বা

বিদ্বৎসন্ন্যাস অমস্যু বিবিদিষাস ্যাস খেন্নবদগী সন্ন্যাস অসি অনীথোক্লা থায়রি। মতুদা আত্মজ্ঞান ফংলবা মতুংদা আত্মচিন্তন তৌতুনা লৈরগা জীবন্মুক্তিগী নুংঙাইবা লোগে খন্দুনা তৌবা সন্ন্যাস বিদ্বৎসন্ন্যাসনি। অতুগা আত্মজ্ঞান ফংত্রিদ্রৈংগী মমাংদা অজ্ঞানী ওইতুনা লৈবা মতমদা আত্মাবু খঙনীংবদগী লৌবা সন্ন্যাস বিবিদিষাসন্ন্যাসনি। মতুদসু অন্তকরণ ( পুক্নী ) শেংলবা মতুদা আত্মাবু সাক্ষাৎকার তৌনবগীদমক ( শংঙনা উ-নবগীদমক ) শ্রবণ মনন অমস্যুং নিদিধ্যাসন তৌনবা লৌবা সন্ন্যাস অতুদগী কর্ম্মযোগমা ফেন্না কৈ হায়বসি ভগবান্না মফমসিদা হায়দে। শ্রীভগবানা ২ রি সিদি সুপ্পা অন্য কং। তোদনা কর্ম্ম থাদোক্লুনা সন্ন্যাস লৌবদগী অন্তকরণ শেংনবা কর্ম্মযোগ তৌতুনা লৈবনা ফেন্না কৈ তাকপনি। মরমদি আত্মাবু খঙনীংনবসু অন্তকরণ শেংদনা সন্ন্যাস লৌরবা আত্মজ্ঞান ফংবা ঙমদে ফংলবসু যাম্না রাগা থোকই। অন্তকরণ শেংনবা অথোইবা উপায় নিষ্কামকর্ম্ম তৌবনি মহ তৌত্রবদি অন্তকরণ অতোপ্পা উপায়না নীংথিনা শেংদোকপা ঙমদে। মসিং ২ ৮সু ভগবান্না হায়গনি। মরম অসিনা অন্তকরণ শেংদনা সন্ন্যাস লৌবদগী নিষ্কামকর্ম্ম তৌতুনা লৈবনা ফেন্না কৈ তাকপনি ॥ ২ ॥

হায়রিবা কর্ম্মযোগসিবু সন্ন্যাস লৌবগী মথং ওইবা থাগত্তনা ভগবান্না অস্য ১২ ব —

জ্ঞেয় স নিত্যসন্ন্যাসী যো ন দ্বেষ্টি ন কাংক্ষতি।
নির্দ্বন্দ্বো হি মহাবাহো সুখং বন্ধাৎ প্রমুচ্যতে ॥ ৩ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — মহাবাহো=পাংগোম চাউবা হেন অর্জুন! য =নিষ্কামকর্ম্ম তৌতুনা লৈবা মী অতুনা ন দ্বেষ্টি=অরাবা অমস্যু অরাবগী মরমবু যেথিদে ন কাংক্ষতি=নুংঙাইবা অমস্যু নুংঙাইবগী মরমবু পামদে ( রাগদ্বেষ থাদোক্লুনা কর্ম্ম তৌতুনা লৈ ) স —অতুগুম্বা মহাক নিত্যসন্ন্যাসী=লেঙদনা সন্ন্যাস লৌদুনা লৈবা মীনি জ্ঞেয় —অসুম্না খঙগনি নির্দ্বন্দ্ব —দ্বন্দ্ব লৈত্রবা ( অরা নুংঙাই অহৈ অশানচিবা অমগী মথদা অমা শোয়দনা ওইগদবা ফাইবোকশিংদা পুকচেল অমত্ত ওইবা থম্নবা ) মহাক, হি —লেপ্পমক, সুখং=লায়না ( কম্না হোংনবা তৌদনা ) বন্ধাৎ —সংসারগী অপুনবা অসিদগী, প্রমুচ্যতে —নীংথিনা লাগে কই। ৩ ॥

অপুনবা অর্থ — পাঙ্গল কনবা হে অর্জুন! নিষ্কামকর্ম্ম তৌতুনা লৈবা মী অতুনা অরাববু য়েংথিদে অমস্যুং নুংঙাইববু পামদে অরা নুংঙাইনচিবা ফাইবোকশিংদা পুকচেল অমত্তা ওইনা লৈবা মহাক লেঙদনা সন্ন্যাস লৌদুনা লৈবা মী নি খঙগনি মহাক শোয়দনা অমস্যুং ঈষায় লায়না সংসারগী অপুনবা অসিদগী নীংথিনা লাংথোকপা ঙাগনি ॥ ৩ ॥

অথূপ্পা বা

শ্রীভগবান্না মফম অসিদা হায়রিবসিগী অথূপ্পদি মসিনি—অজ্ঞানী ওইরবসু মোক্ষ ফংনীংবা মরমদগী পুক্নীং শেংনবা নিষ্কামকর্ম্ম তৌতুনা লৈবা মীনা সংসারদা শোয়দনা ওইগদবা অরা-নুংঙাই

অঙৌ, অশানচিংবা পূম্নমকসিবু থাডদূনা লৈনবা অভ্যাস তৌগদবনি, অদুগা মতুদা অপাম পামদা থাদোক্লুনা পূক্নী, অমত্ত ওইনা থম্নবা হোৎনগদবনি। মতৌ অসুম্না হোৎনদুনা লৈবা মীগী পূক্নী, য়াম্না থুনা শেংগনি, অদুগা সংসারগী তৌরিবা থবক পুম্নমক অদুস্থু মথৌ ওইনা থন্দূনা তৌবা মরমদগী মহাক মতুনা পুন্দূনা লৈরোই। মরম অসিনা কর্ম্ম তৌদুনা লৈরবসু মহাক সন্ন্যাসীগা চপ মান্ননা লৈ। অদুগা অপাম পামদা থাদোক্লুনা পূক্নী, অমত্ত ওইনা থম্নগা লৈবা মীগী মরমদা শ্রুতিনসু অসুম্না হায়রি—

দৃষ্ট্বারম্যমরম্যং বা স্থেয়ং পাষাণবৎ সদা॥
এতাবতাত্মযত্নেন জিতা ভবতি সংসৃতি॥

(অন্ন উ ৫/১৮)

"যজবা নত্রগা ফজদবা পোৎ উবগা নুংশী মতৌগুম্না মনবু মতম পুম্নমক্তা লেংদনা থমগদবনি। অসুম্না হোৎনবসিমত্তনা মানা সংসারসিবু মাত্তম চল্লী (পোক্ল শিরা তৌদুনা সংসারসিদা অমুক হন্না লাক্লরোই)।"

ন বিঞ্চন দ্বেষ্টি তথা ন কিঞ্চিদপি কাংক্ষতি।
ভুংক্তে য প্রবৃত্তান্ ভোগান্ স জীবন্মুক্ত উচ্যতে॥

(মহোপনিষৎ ২/৬)

"করিমত্ত য়েংথিবা অমসুং অপাম্বা তৌদনা মী অদুনা হৌনশা ওইনা ফংবা পোৎশিংবু চাবথকপা তৌরগা পেন্দূনা লৈ অসিগুম্বা মহাক অদু জীবন্মুক্তনি হায়নৈ।"

মরম অসিদগী মতৌ অসুম্না কর্ম্ম তৌদুনা লৈবা মীনা জ্ঞান ফংদুনা মোক্ষবু য়াম্না লায়না ফংই হায়বসি ভগবান্না অর্জ্জুনদা তাকপনি॥৩॥

"কর্ম্মণা পিতৃলোক (বৃ উ ১/৫/১৬)— "কর্ম্ম তৌবদগী পিতৃলোক ফংই" অসুম্না শ্রুতিনা তাক। মরম্না কর্ম্ম তৌবদগী "সুখং বন্ধাৎ প্রমুচ্যতে (৫/৩) হায়না তাক্লিবসি করম্না ওইবা য়াগনি? মসিদ নত্তনা "ন কর্ম্মণা ন প্রজয়া ধনেন জ্ঞানেনৈকে অমৃতত্বমানশু" তৈ উ ৪/১২)— কর্ম্মদগী মোক্ষ ওইদে অদুগা মচা অমসু লল থুমদগীসু মোক্ষ ওইদে, মী কয়ানা জ্ঞানদগী মোক্ষ ফংগ।" অসুম্না থাংবা শ্রুতিনসু কর্ম্মদগী মোক্ষ ফংবা যাদে তাক্লি। মরম অসিনা কর্ম্মদগী সংসারগী অপুনবদগী নাম্থোকই হায়বসি ওইথোক্তবনি হায়না অর্জ্জুন্না চিংনরবদা নঙনা (অর্জ্জুন্না) হায়রিবা অদুদি সকামকর্ম্মগী মরমদনি, নিষ্কামকর্ম্মগী মরমদা নত্তে। নিষ্কামকর্ম্মদগীদি অন্তকরণ শেংখিদুনা জ্ঞান ফংলগা মোক্ষ ফংবা য়াই, মরম অসিনা কর্ম্মযোগ অমসুং সন্ন্যাস অনীসিগী মহৈ অমত্ত ওইবদগী অনীসিদা করিমত্ত খেন্নদে হায়বসিবু ভগবান্না অসুম্না তাক্লি—

সাংখ্যযোগৌ পৃথগ বালা প্রবদন্তি ন পণ্ডিতাঃ।
একমপ্যাস্থিতঃ সম্যগুভয়োর্বিন্দতে ফলম্ ॥ ৪ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — বালা =অঙাংগুম্না পঙবা অমসুং শাস্ত্রগী জ্ঞান লৈতবা মীশিংনা, সাংখ্য যোগৌ=জ্ঞানগী মকোক ওইবা সাধন সন্ন্যাস অমসুং কর্ম্মযোগ অনীসিবু পৃথক প্রবদন্তি=তোঙাম তোঙানবা মহৈ ওইবনি হায়, ন পণ্ডিতা —শাস্ত্র খঙবা জ্ঞানীশিংনদি হায়দে এক অপি=অনী সিগী মনুংদগী অমত্তংদবু সম্যক=শাস্ত্রনা তাকপা মতুং ইন্না নীংথিনা, আস্থিত =তৌরিবা মীহুনা, উভযো ফল =অনীসিগী অমত্ত, ওইবা মহৈ মোক্ষবু বিন্দতে—জ্ঞান ওইবা মরমদগী ফংই ॥ ৪ ॥

অপুনবা অর্থ — শাস্ত্র খঙদবা অপঙবা মীশিংনা সন্ন্যাস অমসুং কর্ম্মযোগ অনীসিবু খেন্নবা মহৈ ওইবনি হায অহুবু পণ্ডিত ওইবা জ্ঞানীশিংনদি অহুম্না হায়দে। মরমদি অনীসিগী মনুংদগী অমত্তংদবু নীংথিনা তৌরিবা মীহুনা অনীসিগী অমত্ত, ওইবা মহৈ মোক্ষবু ফংই ॥ ৪ ॥

**অথূপ্পা বা**

সন্ন্যাসকী অর্থ কর্ম্মবু থাদোকপনি, অহুগা কর্ম্মযোগ গী অর্থ নিষ্কাম ভাবতা কর্ম্ম তৌবনি। মরম অসিনা অনীসিগী মওঙদদি শোয়দনা খেন্নে অমনা অমদগী ওন্ন তৈনবা মওঙনি। অহুবু অনীসিদগী ওইগদবা মহৈ—মোক্ষদি অমত্তনি, মখোয় অনী অসি মহৈগী মী যেংদা য়েংলবদি করিমত্ত খেন্নদে। মরম অসিনা অনীসি বিচার তৌহুনা য়েংবদা অমত্তনি হায়না ভগবাননা অর্জ্জুনগী মফমদা তাকপনি ॥ ৪ ॥

সন্ন্যাস অমসুং কর্ম্মযোগ-গী মহৈ অমত্তনি হায়বসিবু হৌজিক ভগবাননা তশেংনা তাক্লি—

যৎ সাংখ্যৈঃ প্রাপ্যতে স্থানং তদ্যোগৈরপি গম্যতে।
একং সাংখ্যঞ্চ যোগঞ্চ যঃ পশ্যতি স পশ্যতি ॥ ৫ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা**।— সাংখ্যৈ =সন্ন্যাস লৌদুনা জ্ঞান ফংগে হোংনরিবা সন্ন্যাসীশিংনা, যৎ স্থানং =মোক্ষগী মশক ওইবা খুবমহুবু, প্রাপ্যতে=ফংই, তৎ—খুবম অহুমক্তবু যোগৈ অপি=নিষ্কাম কর্ম্ম তৌহুনা অন্ত করণ শেংদোক্লগা জ্ঞান ফংনবা হোংনরিবা কর্ম্মযোগীশিংনসু গম্যতে=ফংই মরম অসিনা—য —মী অহুনা, সাংখ্য চ যোগং চ—সন্ন্যাস অমসুং কর্ম্মযোগ অনীসিবু, একং পশ্যতি=অমত্তনি খঙই, স পশ্যতি=মহাক অশেংবা খঙবা মীনি ॥ ৫ ॥

**অপুনবা অর্থ**।— সন্ন্যাস লৌদুনা জ্ঞান ফংগে হোংনরিবা সন্ন্যাসীশিংনা মোক্ষ ওইবা খুবমহুবু ফংই, অহুগা খুবমহুমক্তবু নিষ্কামকর্ম্ম তৌহুনা জ্ঞান ফংগে হোংনরিবা কর্ম্মযোগীশিংনসু ফংই। মরম অসিনা মীহুনা সন্ন্যাস অমসুং কর্ম্মযোগবু অমত্তনি হায়না খঙই, (অহুগুম্না মী) মহাক অশেংবা খঙবা মীনি ॥ ৫ ॥

অথৃপ্পা ৱা

বৈৱাগ্য—ওইবা মৱমদগী প্রাৱব্ধ কর্ম্মগী মতু, ইন্না কর্ম্ম থাদোক্লুনা সন্ন্যাস লৌৱবা মীনা আত্মতত্ত্বগী জ্ঞান ফংননবগীদমক শ্রবণ ( যুক্তিগা লোয়ননা বিচার তৌদুনা আচার্য্যনা তাকলিবা বেদান্তগী ৱা শিংবু শ্রদ্ধাগা লোয়ননা তাবা ) মনন ( অচিকপা মফম অমদা ফম্লগা তাখ্রিবা বাশিংদুবু পুক্নীংদা নীংশিংদুনা অমুক হন্না চিংনবা নৈতনবা বিচার তৌবা ) অমসুং নিদিধ্যাসন ( মনন তৌখ্রিবা আত্মতত্ত্ব অদুদা অনী লোঙদবা পুক্নীং থমদুনা সমাধি ওইনবা হোৎনবা ) অদুম অসিবু সাধন ওইনা লৌই। অদুম অসিগী তত্তুনা অভ্যাস তৌবদগী মখোয়না আত্মতত্ত্বগী জ্ঞান ফংই। অদুগা নিষ্কামকর্ম্ম তৌদুনা লৈবা কর্ম্মযোগীশিংনা মখোয়না তৌরিবা পুম্নমক অদুবু ঈশ্বরদা কখোকলগা পুক্নীং শেংনবা হোৎনদুনা অমসুং পুক্নী নৈতানা থম্না ওমনবা ঈশ্বরগী আরাধনা তৌদুনা লৈ। মদুদগী মখোয়সু পুক্নীং শে দোকখিবা অমসুং পক্নীং নৈতানা তপনা লৈবা মৱমদগী আত্মতত্ত্বু খঙননবা শ্রবানচিংবা তৌই মদুনা মৱম ওইদুনা মখোয়গী পুক্নীদসু আত্মতত্ত্বগী অশেংবা জ্ঞান পোকই। মতৌ অসুম্না সন্ন্যাসী অমসুং কর্ম্মযোগী অনীমক্না জ্ঞানগী মহৈ ওইনা মোক্ষ ওইবা খুবম ফংই। মৱম অসিনা সন্ন্যাস অমসুং কর্ম্মযোগবু অমতনি খঙবা মীনা অন্ত করণ শেংদনা সন্ন্যাস লৌগা হায়বা বাখল খক তৌরোইদবনি অন্ত করণ শেংনবা অমসুং সংসারগী পোৎশিংদগী মনবু লাকশিন্দুনা থম্নবা উপায় নিষ্কামকর্ম্ম অমসু উপাসনা অনীসিবু তৌদুনা লৈগদবনি অনীসিবু নীংথিনা তৌদুনা লৈবা মীনা তুংদা জ্ঞান শোযদনা ফংগনি হায়বসিদা কৰিমত্তা চিংনরোইদবনি ।৫।

নিষ্কামকর্ম্ম তৌদুনা লৈবা কর্ম্মযোগীশিংনসু মমৈথংদা সন্ন্যাসীশিংনা তৌরিবা শ্রবণ মনন নচিংবদু তৌগদবা লৈরবদি অহানবমক্তদা সন্ন্যাস লৌরগা শ্রবণ নচিংবদুবু তৌদুনা লৈবদা কৱি কাংবা লৈ হায়না চিংনরবদা ভগবান্না মসিগী পাউখুম অসুম্না পীরি—

সন্ন্যাসস্তু মহাবাহো দুঃখমাপ্তুমযোগতঃ।
যোগযুক্তো মুনির্ব্রহ্ম নচিরেণাধিগচ্ছতি ॥৬॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — মহাবাহো=পাম্বোম কনবা হে অর্জ্জুন। অযোগতঃ=অন্তঃকরণ শেংদোক্লবা মত্তনা তাকপা কর্ম্মশিংবু নিষ্কামভাবতা তৌদনা, সন্ন্যাস তু—সন্ন্যাস লৌবদি ( লম্বোইবদি ) দুঃখং আপ্তুং (ভবতি)=যবদা য়াম্না ৱানা থোকই অদুগা যোগযুক্ত—নিষ্কামকর্ম্ম তৌদুনা পুক্নীং শেংলবা মীনা, মুনি—আত্মতত্ত্বগী মৱমদা মনন (বিচার) তৌবগী অভ্যাস তৌরগা নচিরেণ=থৗন্দনমক, ব্রহ্ম অধিগচ্ছতি—সচ্চিদানন্দগী মশক ওইবা ব্রহ্মবু ফংই ( মোক্ষ ফংদুনা ব্রহ্ম ওইনা লৈ ) ॥ ৬ ॥

**অপুনবা অর্থ** — পাম্বোম কনবা হে অর্জ্জুন! অন্ত করণ শেংনবা নিষ্কামকর্ম্ম তৌদনা সন্ন্যাস লৌবসিদি য়াম্না ৱানা থোকই, অদুগা নিষ্কামকর্ম্ম তৌদুনা লৈরগা আত্মতত্ত্বগী মনন ( বিচার ) তৌবা মীনা থুনমক ব্রহ্মগী মশক ওইবা মোক্ষ ফংই ॥ ৬॥

অথূপ্পা বা

সন্ন্যাস লৌরবা মতু,দা শাস্ত্রনা তাকপা কর্ম্মশিংবু তৌনবা অধিকার মীতুগী লৈতে, অতুগা অন্ত করণ শেংনবা অথোইবা উপায়দি শাস্ত্রনা তৌ হায়না তাকপা কর্ম্মশিংবু নিষ্কামভাবতা তৌতুনা লৈবনি। ফীবমসিদা মী অতুনা অন্ত করণ শেংদনা সন্ন্যাস লৌরবদি মহাক শোয়দনা খুদোং থীবদা ভাগনি। মরমদি অন্ত করণ শেংদবদগী মাগী পূক্নী সংসারগী পোৎশিংদা থিংজিন্দুনা লৈবা মরম্না মপাঙ্গোংগী মীৎয়েংদা মহাক সন্ন্যাস লৌই হায়বদমক ওই, পূক্নী দা সন্ন্যাস ওইদবা মরম্না মতুগী মহৈ ওইনা আত্মচিন্তন তৌতুনা মশাগী অশেংবা মশক খঙবা ঙমদে। মতুদা করিগুম্বা ফত্তবা লমচৎ চৎলবদি য়াম্না অমাঙবগী মশক ওই। পতিত ওইবা সন্ন্যাসীগী মরমদা বসিষ্ঠনা অসুম্না হায়রি—

যস্তু প্রব্রজিতো ভত্বা পুনঃ সেবেত মৈথুনম্।
ষষ্টিবর্ষ সহস্রাণি বিষ্ঠাযাং জাযতে কৃমি।

"মী অতুনা সন্ন্যাস লৌরবা মতু,দা অমুক হন্না নুপী নহা লোয়ন শম্নরবদি মহাক চহী লীশিং ৬ কাওবা থী য়ু,দা তীল (হল) ওইতুনা পোকই।"

মরম অসিনা পূক্নী শেংদনা অমসুং বৈরাগ্য মপুং ফাদনা কদৌঙৈদসু সন্ন্যাস লৌরোইদবনি। অসুম্না লৌবা সন্ন্যাস অসিদগী নিষ্কামকর্ম্ম তৌতুনা লৈবনা য়াম্না হেন্না ফৈ হায়রবসি—

'ন কর্ম্মণামনাবম্ভান্নৈষ্কর্ম্ম্যং পুরুষোহশ্নুতে।
ন চ সন্ন্যসনাদেব সিদ্ধিং সমধিগচ্ছতি॥" (৩।৪)

"কর্ম্মসন্ন্যাসাৎ কর্ম্মযোগো বিশিষ্যতে" (৫/২) অসিনচিংবনা অহানবদা ভগবান্না তাকখ্রে। মতৌ অসুম্না হায়রিবা রা শিংসিবু বিচার তৌরগা মশাগী য়াইফবা পামবা মীশিংনা নিষ্কামকর্ম্ম তৌতুনা লৈরগা আত্মচিন্তনগী অভ্যাস তৌতুনা লৈবনা চুম্মি॥৬॥

কর্ম্মদি সংসারদা পুন্দুনা লৈনবগী মরমনি, অতুবু কর্ম্ম তৌতুনা লৈরগা আত্মচিন্তন তৌবা মীনা থীজনমক মোক্ষ কনম্না ফংগনি হায়না চিংনরবদা মতুগী পাউখুম অসুম্না পীরি—

যোগযুক্তো বিশুদ্ধাত্মা বিজিতাত্মা জিতেন্দ্রিযঃ।
সর্ব্বভূতাত্মভূতাত্মা কুর্ব্বন্নপি ন লিপ্যতে॥৭॥

অন্বয ব্যাখ্যা ঃ— যোগযুক্ত — নিষ্কাম কর্ম্মবু মতম কুইনদগী তৌতুনা লৈবা, মরম [illegible]— বিশুদ্ধাত্মা — পূক্নী শেংলবা, বিজিতাত্মা — হকচাংবুসু মাগী মখা পোলহন্দুনা থম্লবা জিতেন্দ্রিয় = ইন্দ্রিয় পুম্নমকপু লাকশিন্দুনা থম্লবা, অমসুং— সর্ব্বভূতাত্মভূতাত্মা — থবাম্পানবা পুমনমক আত্মামক

মাগী চেতন আত্মা ওইবা (থৱায়পানবা পুম্নমক্কী আত্মাবু মশামক্কী আত্মানি খঙবা) মী অহ, কুর্ব্বন অপি—কর্ম্ম তৌহনা লৈরবসু, ন লিপ্যতে—কর্ম্মশিংদগী শম্নদে (কর্ম্মগী মহৈ মঙোন্দা পঙ্কে)॥ ৭॥

**অপুনবা অর্থ ঃ—** নিষ্কামকর্ম্মবু তৌহনা লৈবদগী পুক্নী শেংলবা, হকচা বু মাগী মখা পোলহন্দুনা থম্লবা অহগা ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশিন্দুনা থম্লবা অমসুং থৱায়পানবা পুম্নমক্কী আত্মাবু মশামক্কী আত্মানি খঙলবা মী অহ কর্ম্মশি বু তৌহনা লৈরবসু কর্ম্মশিংহুদগী শম্নদে। ৭।

**অথূপ্পা বা**

মী অহনা নিষ্কামকর্ম্ম তৌহনা লৈরগা আত্মচিন্তন তৌবদগী পুক্নী হকচা অমসুং ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশিন্দুনা মাগী মখা পোলহন্দুনা থম্বা ঙম্লবদি মহাক ত্রিদণ্ডী কৌবা সন্ন্যাসী অহগা চপ মান্নে। মপাঙ্মোংদা সন্ন্যাস লৌরগা সূপ্পা দণ্ড পাযদুনা লৈবা অহমক্কু ত্রিদণ্ডীনি হায়বা য়াদে। নুনসু অম্নুম্না হায়রি—

> বাগ্দণ্ডোঽথ মনোদণ্ডং কাযদণ্ডস্তথৈবচ।
> য স্যৈতে নিহিতা বুদ্ধৌ ত্রিদণ্ডীতি স উচ্যতে॥
> (মনু ১২/১০)

"দমনং দণ্ড"—লাকশিন্দুনা থম্বা দণ্ডনি, মরম অসিনা বা ঙাঙবনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশিন্দুনা থম্বা, মনবু (পুক্নীংবু) লাকশিন্দুনা থম্বা অমসুং হকচাংবু লাকশিন্দুনা থম্বা (অহুম অসিবু নত্তবা থবক তৌহন্দনা থম্বা) অসি মী অহগী বুদ্ধিদা লেংদনা লৈরবদি মহাক ত্রিদণ্ডীনি হায়বনি।"

যোগশিখোপনিষত্তসু অম্নুম্না হায়রি—

> শরীরেণ জিতাঃ সর্ব্বে শরীরং যোগিভির্জ্জিতম্॥
> ইন্দ্রিযানি মনো বুদ্ধিঃ কামক্রোধাদিকং জিতম্।
> তেনৈব বিজিতং সর্ব্বং নাসৌ কেনাপি বাধ্যতে॥ (১/৩৮, ৩৯)

"থৱায়পানবা পুম্নমকশিংবু হকচাংনা খুহম চন্দুনা থমই, হকচাংবুদি যোগীশিংনা খুহম চল্লী। ইন্দ্রিয়শিং, মন, বুদ্ধি, অপাম্বা অশাউবনচিংববু খুহম চন্দুনা থম্লবা যোগী অহনা পুম্নমকপু খুহম চল্লে, মাবু কনা অমত্তনা ঋৈথায় থিনগাইবা ঙমদে।"

মরম অসিনা মহাক কর্ম্ম তৌহনা লৈরবসু মহগা লোয়ননা আত্মচিন্তনগী অভ্যাস তৌবা মরমদগী জ্ঞানী ওইবসি শোরদবনি। জ্ঞানী ওইরবদা মশাবু কর্ত্তা অমসুং ভোক্তা নত্তে লেপ্পা মরম্না

মতোম্দা কর্ম্মগী পাপ পুণ্য ওইবা মহৈ অমত্ত পক্তে মতুদগী থবায়পানবা পুম্নমক্কী গম্নুংদা অমত্ত ওইনা লৈরিবা আত্মাবু মশাগী আত্মামক্কি খঙই অতুগা মতুনা মরম ওইদুনা মহাক্কা মুক্তি ফংই। মসিগী মরমদা মনুনসু অসুম্না হায়রি—

সর্ব্বভূতেষু চাত্মানং সর্ব্বভূতানি চাত্মনি।

সমং পশ্যন্নাত্মযাজী স্বারাজ্যমধিগচ্ছতি॥

(মনু ১/৯১)

"থবায়পানবা পুম্নমক্তা মশাবু অমসু মশাদা থবায়পানবা পুম্নমকপু অমত্ত ওইনা যেংনা আত্মাগী উপাসনা তৌরিবা মী অতুনা মশা মতেংমতা চান্দুনা লৈবা ব্রহ্মাগী মশক ওইবা মোক্ষবু ফংই।"

মরম অসিদগী আত্মচিন্তন তৌদুনা লৈবা কর্ম্মযোগী অতুনা তৌবিবা অমসুং তৌখিবা কর্ম্মশিংগী মহৈ পাপ-পুণ্যশিং মতোম্দা পক্তে হায়বসি ভগবান্না তাক্লিবনি। ৭॥

জ্ঞানী ওইবা কর্ম্মযোগীদা পাপ পুণ্য কর্ম্ম পক্তে হাযবসিবু শুগাইনা তাক্লুনা ভগবান্না হৌজিক শ্লোক অনীদা অসুম্না হায়রি—

নৈব কিঞ্চিৎ করোমীতি যুক্তো মন্যেত তত্ত্ববিৎ।

পশ্যন্ শৃণ্বন্ স্পৃশঞ্জিঘ্রন্নশ্নন্ গচ্ছন স্বপন শ্বসন ॥ ৮ ॥

প্রলপন বিসৃজন গৃহ্নন্নুন্মিষন নিমিষন্নপি।

ইন্দ্রিযাণীন্দ্রিযার্থেষু বর্ত্তন্ত ইতি ধারযন ॥ ৯ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা।**—যুক্ত = কর্ম্মযোগ তৌবদগী পুক্নীং শেংলবা, তত্ত্ববি = আত্মতত্ত্ববু মী থিনা খংলবা মী অতুনা পশ্যন=য়েংবা শৃণ্বন তাবা স্পৃশন—শোকপা জিঘ্রন—মনম নমবা অশ্নন=চাবা গচ্ছন=চংপা, স্বপন—তুম্বা শ্বসন=সোর হোনবা প্রলপন—ঙাঙবা বিসৃজন—অমাং অশোয় থাদোকপা গৃহ্নন—লৌবা, উন্মিষন—মীং পাঙবা নিমিষন অপি—মীৎ উইশিনবনচি বা থবক পুম্নমক তৌদুনা লৈরবসু ইন্দ্রিয়াণি—মীৎ নাকোংনচি বা ইন্দ্রিয়শিং না ইন্দ্রিয়ার্থেষু—মথোয় মথোয়না লৌগদবা বিষয় মওঙ মচু খোঞ্জেন্নচিংবদা বর্ত্তন্তে=চঙবনি, ইতি ধারয়ন=অসুম্না লেপ্পুনা কিঞ্চিৎ এব—করিমত্তসু ন করোমি=ঐনা তৌদে ইতি মন্যেত—অসুম্না খঙই॥ ৮ ৯॥

**অপুনবা অর্থ** —কর্ম্মযোগ তৌদুনা লৈবদগী পুক্নীং শেংদুনা আত্মতত্ত্ববু মী থিনা খঙলবা মী অতুনা—য়েংবা তাবা, শোকপা মনম নমবা, চাবা চংপা, তুম্বা সোর হোনবা, ঙাঙবা অমা অশোয় (থী যুং) থাদোকপা লৌবা মীৎ পাঙবা মীৎ উইশিনবনচিংবা থবক পুম্নমক তৌদুনা লৈরবসু মীৎ নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংনা মশা মশানা লৌগদবা বিষয় মওঙ, মচু খোঞ্জেন্নচিংববু লৌবনি (তৌবনি) মতুম্না লেপ্পুনা "ঐদি করিমত্তসু তৌদে" অসুম্না খঙই॥৮,৯॥

### অথুপ্পা বা

থৱাযপানবা পুম্নমক্কী মনুংদা অমত্ত ওইনা লৈবা আত্মাদি নিষ্ক্রিয়নি (লেঙ ওংপা তৌদনা লৈ)। মৱম অসিনা মীংকী থবক য়েংবা অস্থুম্না নাকোংগী তাবা উনগী শোকপা শম্বা খঙবা নাতোনগী মনম নম্বা অমস্থুং লৈহেংগী চাদুনা মহাও লৌবা থবকশিংনি, হায়বদি মীংনচিংবা জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙানা যেবনচিংবা থবক তৌবনি, অাত্মানা তৌবা নত্তে। মতৌ অস্থুম্না খোঙগী—চংপা খুংকী—লৌবা চীনবানগী—ঙাঙবা অমা থোঙ অমস্থুং ঈশি থোঙগী—থীযুং থাদোকপা থবকশিংনি — হায়বদি খোঙ খংনচিংবা কর্ম্মেন্দ্রিয় মঙানা চংপা লৌবনচিংবা থবক তৌবনি আত্মানা তৌবা নত্তে, অহুগা সোর হোনবনচিংবা থবক প্রাণ অপান নচিংবা প্রাণ মঙাগীনি মীং পাবা উইশিনবনচিবা থবক নাগ কুর্ম্মনচিংবা অতোপ্পা প্রাণ মঙাগীনি অমস্থুং তুম্বনচিংবদি মন, বুদ্ধি চিত্ত অমস্থুং অহংকার কৌবা অন্ত করণ মরিসিগী থবকশিংনি আত্মাগী নত্তে। আত্মাদি মখোয় পুম্নমকসিবু ঙাক্লোকহন্দুনা থম্বা চেতননি, মহাক কর্ত্তা অমস্থুং ভোক্তা নত্তে লেঙদবা মশক্তি। মৱম অসিদগী মতৌ অস্থুম্না আত্মাবু খঙবা মীনা কর্ম্ম তৌহনা লৈরবস্থু মংঙান্দা মহুগী মহৈ পক্তে। মসিবু শ্রীমদ্ভগবত পুরানদস্থু অস্থুম্না হায়রি—

ইন্দ্রিয়ৈরিন্দ্রিয়ার্থেষু গুণৈরপি গুণেষু চ।
গৃহ্যমানেষ্বহং কুর্য্যান্ন বিদ্বান্ যস্ত্ববিক্রিয় ॥

"ইন্দ্রিয়শিংনা মখোয মখোয়না লৌগদবা পোংশিবু অমস্থুং সত্ত্বনচিংবা গুণশিংনা গুণশিংবু লৌষদা আত্মতত্ত্ববু খঙবা জ্ঞানীনা "ঐনা তৌই হাযবা ৱাখল তৌদে মহাক্তি মতম পুম্নমক্তা লেঙদনা নিষ্ক্রিয় ওইনা লৈ।"

মতৌ অস্থুম্না ভগবান্না হায়রিবা ৱাসিবু অন্নপূর্ণোপনিষত্তস্থু অস্থুম্না হায়রি – "তিষ্ঠন্ গচ্ছন্ স্পৃশন্ জিঘ্রন্নপি তল্লেপবর্জ্জিত ॥" (৪/৬৩) —"ফম্বা, চংপা শোকপা, মনম নম্বা, অসিনচিংবা তৌহনা লৈরবস্থু তত্ত্বজ্ঞানী—মখোয়শিংসিগা শম্নদে।"

মৱম অসিনা "কুর্ব্বন্নপি ন লিপ্যতে" হায়না ভগবান্না তাক্লিবসি অশেংবমক্নি। ৮, ৯।

মতৌ অস্থুম্না জ্ঞানীদা পাপ পুণ্য পক্তুবস্থু "ঐনা তৌই" খঙবা (নীংবা) অজ্ঞানীদদি মানা তৌরিবা কর্ম্মগী মহৈ শোয়দনা পক্তনি মহু ওইরবদি অন্ত করণ শেংদোকপা ঙমদদুনা কদৌঙৈদস্থু মানা জ্ঞান ফংবা ঙম্মোই হায়না চিনরবনা মসিগী পাউথুম অস্থুম্না পীরি—

ব্রহ্মণ্যাধায় কর্ম্মাণি সঙ্গং ত্যক্ত্বা করোতি যঃ।
লিপ্যতে ন স পাপেন পদ্মপত্রমিবাম্ভসা ॥ ১ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — য –মী অহুনা, সঙ্গ ত্যক্ত্বা=মহৈ পাম্বা থাদোক্তুনা, ব্রহ্মণি আধায়= ঈশ্বরদা কংথোক্লগা কর্ম্মাণি করোতি–শাস্ত্রনা তৌ হায়না তাকপা অমস্থুং ব্যবহারদা তৌবা হৌনবা

কর্ম্মশিংবু পাঙথোক্তুনা লৈ, ন — অসুম্না কম্ম তৌরিবা মঙোন্দা, অম্ভসা পদ্মপত্রং ইব = থম্বাল মনাদা ঈশিং পক্তবগুম্না পাপেন ন লিপ্যতে = পাপ পূণ্য কর্ম্মশিংগী মহৈনা পক্তে। ১ ।

অপূনবা অর্থ — মী অহুনা মহৈ পামদনা ঈশ্বরদা কথোক্লগা কর্ম্মশিংবু তৌই অসুম্না তৌহুনা লৈরিবা মঙোন্দা থম্বাল মনাদা (চাইবা) ঈশিং পক্তবগুম্না তৌরিবা পাপ-পূণ্য কর্ম্মশিংগী মহৈনা পক্তে ॥ ১ ॥

অথুপ্পা বা

কনাগুম্না মীনাই অমনা থবক্তি যাম্না তৌই অহুবু তৌরিবা থবকশিংহুগী মহৈদি করিমত্ত পামদে সুপ্না মপুগীদমক্তি থন্দুনা তৌই। মতৌ অহুম্না মী অহুনা তৌরিবা থবকশিংহুগী মহৈ করিমত্ত পামদনা মপু ওইবা ঈশ্বরগীদমক্তি থন্দুনা মাগী নু ঙাইনবগীদমক তৌরবদি কদৌঙৈদসু পাপ কর্ম্ম তৌরোই মরমদি পাপ কর্ম্ম তৌরগা মহুগী মহৈ ঈশ্বরদা কংথোক্লবদি মহাক (ঈশ্বর) শোয়দনা শাউগনি মীনাইনা মপুগীনি হায়দুনা যত্তবা থবক তৌরবদি মপুনা শাউবা শোয়দবনি। করিগুম্বদা খঙদবা মরমদগী যত্তবা অরানবা থবক তৌখিবা থোক্লবদি মপু ওইবা ঈশ্বরনা মাবু ঙাকপীগনি মঙোন্দা পাপ লাকহল্লোই। অহুগা তৌবিবা অফবা থবকশিংহুগী মহৈ পামদবা মরমদগী ঈশ্বরনা পূণ্য ওইবা মহৈবুসু মঙোন্দা পীরোই সুপ্না মানা হান্না তৌখিবা পাপশিংবু কোকহনগনি মহুদগী মাগী অন্তকরণ। (পুক্নীং) অহ েলক্কনি। মবম অসিনা থম্বাল মনাদা ঈশিং চাইবদা ঈশিং হু মহুদা পক্তবগুম্না কর্ম্মযোগীহুনা তৌরিবা কর্ম্মশিংহুগী মহৈ পা।পণ্য মঙোন্দা পক্তে অহুগা থম্বাল মনাদা হান্না পক্তুনা লৈরম্না উফুলনচিংবা অমোংপশিংহু ঈশিং চাইবদগী চংথোক খিগনি। মতৌ অহুম্না কর্ম্মযোগীহুগী অন্তকরণদা হান্না লৈরম্না পাপকী মশক ওইবা অমোংপ শিংহু নিষ্কামকর্ম্মশিং অহুদগী চামথোকিগনি। মহু মপুং ফানা চামথোকগ্রবদা অশে বা অন্তকরণ অহদা আত্মাগী অশবা মমি তাংনা ফান পোকই অহুগা পোকইবা আত্মতত্ত্বগী জ্ঞান অহ মোক্ষগী মবম ওই। মতৌ অসুম্না ভগবান্না হায়রিবা বা অসিবু শ্রুতিনসু অসুম্না হায়রি— "ন লিপ্যতে কর্ম্মণা পাপকেন" (বৃ উ ৪।৪।২৩)— "আত্মজ্ঞানীদা পাপ পুণ্য ওইবা কর্ম্মগী মহৈ পক্তে।" "যথা পুষ্করপলাশ আপো ন শ্লিষ্যন্ত এব মেবংবিদি পাপং কর্ম্ম ন শ্লিষ্যতে। (চা উ ৪।১৪।৩)— "থম্বালগী মনাদা ঈশিং পক্তবগুম্না অসুম্না খঙবা (ব্রহ্মবু মশামক্তি খঙবা) মীদা পাপ পুণ্য কর্ম্ম পক্তে। ।

মতৌ অসুম্না নিষ্কাম কর্ম্ম পুন্নবগী হেতু (মরম) নত্তে হায়বসি তাক্লগা মোক্ষগী হেতুনি হায়বসি তাক্লি।

কায়েন মনসা বুদ্ধ্যা কেবলৈরিন্দ্রিয়ৈরপি।
যোগিনঃ কর্ম্ম কুর্ব্বন্তি সঙ্গং ত্যক্ত্বাত্মশুদ্ধয়ে। ১১॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — কেবলৈ = সুপ্না (এনা তৌরিবসি ঈশ্বরগী পেন্নবগীদমক্তি, মহৈ পামহুনা তৌবা নত্তে—অসুম্না), যোগিন = কর্ম্মযোগীশিংনা, সঙ্গং ত্যক্ত্বা — মহৈ পামবা থাদোক্লগা, আত্মশুদ্ধয়ে =

অন্ত করণ শেংনবগীদমক, কায়েন=হকচাংনা (স্নান পূজানচিংবা), মনসা=পূক্নীংনা (ধারণা ধ্যান নচিংবা), বুদ্ধ্যা—রাখলনা (আত্মবিচারনচি বা), ইন্দ্রিয়ৈ অপি=মীৎ নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংনস্থু (শ্রীভগবানগী রূপ গুণ নচিংববু য়েংবা অমদি তাবনচিংবা,) কর্ম্ম কুর্ব্বন্তি=কর্ম্ম তৌই ॥১১॥

**অপূন্বা অর্থ** — সূপ্না ঈশ্বরগী পেন্নবগীদমক্তি খন্দুনা কর্ম্মযোগীশিংনা মহৈ পামবা থাদোক্লগা পূক্নী শেংনবগীদমক হকচাংনা পূক্নীংনা, রাখলনা অমস্থু মীৎ নাকোংনচি বা ইন্দ্রিয়শিংনস্থু কর্ম্ম তৌই ॥ ১১ ॥

## অথূপ্পা বা

শ্লোক অসিদা শ্রীভগবান্না কর্ম্মযোগীশিংনা পূক্নী শে নবগীদমক (আত্মশুদ্ধয়ে) কর্ম্ম তৌই হাযবসিদগী ঐখোয়না মসি খঙবা ওম্মি মতুদি— কর্ম্মসি সাক্ষাৎ (শ শঙনা) মোক্ষগী সাধনদি নত্তে সূপ্না অন্ত করণ শে লবা সাধন নী অন্ত করণ শে লবা মতু দা জ্ঞানগী সাধন তৌদুনা জ্ঞান ফ লবদা মোক্ষ ওইগনি। মরম অসিনা মোক্ষগী সাধনদি শ শঙনা জ্ঞাননি অদুমক ওইদুনস্থু অন্ত করণ শে দনা জ্ঞান ফংবা যাদবা মরমদগী মথং মনাও নাইনা নিষ্কামকর্ম্মবু মোক্ষগী সাধনান হায়বনি। ১।

মহৈ পামদুনা কর্ম্ম তৌবা মীনা মশাবু অতৌবনি (কর্ত্তানি) খঙবগুম্না মহৈ পামদনা কর্ম্ম তৌবা মীনস্থু মশাবু অতৌবনি হাযনা খঙই অদুবু কর্ম্ম অদমক্তন। অমবুদি স সারদা পুল্লী অদুগা অতোপ্পা অমবুদি মোক্ষ ফংহল্লী হায়বসি মরম করিদগীনো হ লবদা মতুগী পাউখুম ভগবান্না অস্থুম্না পীরি—

যুক্ত কর্ম্মফলং ত্যক্ত্বা শান্তিমাপ্নোতি নৈষ্ঠিকীম্।
অযুক্ত কামকারেণ ফলে সক্তো নিবদ্ধ্যতে ॥ ১২ ॥

**অন্বয ব্যাখ্যা** — যুক্ত—ঈশ্বরগী পেন্নবগীদমক্তি ঐগী মহৈ ফ নবা নত্তে— অস্থুম্না খল্লিবা কর্ম্মযোগী অদুনা, কর্ম্মফলং ত্যক্ত্বা=মহৈ পাম্ববু থাদোক্লুনা কর্ম্ম তৌরগা নৈষ্ঠিকীং=মথং মথং ওইনা পুক্নীং শে বা, আত্মবিচার তৌবা অমস্থু আত্মজ্ঞান ফ লগা শ্রদ্ধানা মরম ওইদুনা লেংঙরবা শান্তিং আপ্নোতি—মোক্ষগী মশক ওইবা শান্তিবু ফংই অদুগা— অযুক্ত =ঈশ্বরগী পেন্নবগীদমক্তি এগী মহৈ ফংনবা নত্তে হাযবসি পূক্নীংদা খন্দনা কর্ম্ম তৌরিবা মীদুদি কামকারেণ—নীংলিবা অদুগী মতুং ইন্না, ফলে সক্ত —মহৈদা অপাম্বা থম্বা মরমনা, নিবদ্ধ্যতে=সংসারদা পুন্দুনা লৈ ॥১২॥

**অপুনবা অর্থ** — কর্ম্মযোগী অদুনা মহৈ পাম্বা থাদোক্লগা ঈশ্বরগীদমক্তনি খন্দুনা কর্ম্ম তৌরগা শ্রদ্ধানা মরম ওইদুনা লেংঙরবা মোক্ষগী মশক ওইবা শান্তিবু ফ ই। অদুগা মশাগী মহৈ ফ নবা কর্ম্ম তৌরিবা মীদুদি নীংলিবদুগী মতুং ইন্না মহৈদা অপাম্বা থম্বা মরমনা সংসারদা পুন্দুনা লৈ ॥১২॥

## অথূপ্পা বা

মশাগী অশেংবা মশক-মতৌ অমসুং মওঙ খঙদ্রিবা মী শিংনা কৱিগুম্বা থবক অমা তৌবা মতমদা মশাবু থবক অদুগী অতৌবনি (কর্ত্তানি) খঙবসি শোয়দবনি। মদুদা তৌৱিবা থবক অদুগী মহৈ পায়রবদি মখোয় সংসারদা পুন্দুনা হন্না হন্না পোক্ল শিন্না তৌদুনা লৈ। মৱম অসিনা শ্রুতিনা অসুম্না তাক্লি—"এতচ্ছ্রেয়ো যেঽভিনন্দন্তি মূঢা জরামৃত্যুং তে পুনরেবাপিযন্তি" (মুণ্ডক ১।২।৭)—"অপঙবা মীশিংদুনা সকাম কর্ম্মসিবু অথোইবনি খল্লগা থাগত্তুনা লৈ, অসিগুম্বা মখোয়দু অমুক হন্না অনা অয়েক অমসুং শিববু যংই"। অদুগা স্বর্গনচিংবা মহৈ ফ নীংদুনা অফবা থবকশিং তৌৱিবা মী শিংদুসু স্বর্গনচিংবা মফমদা চংলগা তৌখিবা কম্মশি অদুগী মহৈ চাবা লোইরবা মতুংদা অমুক হন্না সংসারসিদা মী ওইনা পোকলৈ নত্রগা অহানবদা তৌখিবা অমসুং মহৈদি চাখিদ্রিবা যত্তবা পাপ কর্ম্মদগী অতোনবা শা-ঙানচিংবগী মপোক্তসু পোকই হায়বসিবুসু শ্রুতিনা অসুম্না তাক্লি—"নাকস্য পৃষ্ঠে তে সুকৃতেঽনুভূত্বেমং লোকং হীনতরং বা বিশন্তি" (মু উ ।২।১ )—"পুণ্য কর্ম্ম তৌখিবা মখোয়না স্বর্গদা মদুগী মহৈ চারগা সংসারসিদা অমুক হন্না মী ওইনা নত্রগা মদুদগী হেন্না তোনবা মপোক পোকই।" মৱম অসিনা সকাম কর্ম্ম তৌবা মী শিং সংসারদা পুন্দুনা লৈ। অদুগা অমরোমদা মহৈ ফংবা পামদনা ঈশ্বরগী দমক্লি হায়দুনা মাগী পেন্নবা কর্ম্ম তৌৱিবা মী শি না মশাবু অতৌবনি খঙলবসু মহৈ পামদনা তৌৱিবা কর্ম্মশিং অদুদগী পুক্নীং শে দোকখিদুনা অশেংবা পুক্নীং অদুদা মশাগী অশে বা মওঙ আত্মাগী জ্ঞান অদু মমৈথঙদা ফংদুনা মদুদগী মশাবু অতৌবা অমসু মহৈ চাবা নত্তে খঙহনা প্রারব্ধ কর্ম্ম লোইরবা মতু দা পোকপা-শিবা নাইবা সংসারসিদা অমুক হল্লক্তে মখোয মতম পূম্নমক্কীদমক ব্রহ্মদা তিন্নী অমসু মোক্ষগী মশক ওইবা পরমশান্তিবু য ই। মসিবুসু শ্রুতিনা অসুম্না হায়ৱি—"তমাত্মস্থং যেঽনুপশ্যন্তি ধীরাস্তেষাং শান্তি শাশ্বতী নেতরেষাম্" "(কঠ উ ২।২।১৩)—"পুকচেল তপ লবা মী শিংনা হকচাংসিদা লৈরিবা আত্মাসিগী মশক নী থিংনা খঙই অসিগুম্বা মখোয়দুগী লেঙদবা শান্তি ওই, অদুগা আত্মাগী মশক খঙদবা মী শি গীদি (শান্তি) ওইদে।" মতৌ অসুম্না সকাম অমসুং নিষ্কামকর্ম্ম তৌবা মীশিংদা অতৌবনি (কর্ত্তানি) হায়না খঙবদা খেন্নত্রবসু মমৈথঙদা নিষ্কামকর্ম্ম তৌবা মী শিংনা মোক্ষ ফংই অদুগা সকামকর্ম্ম তৌবা মী শিংনা স সারদা পুন্দুনা লৈ হায়বসিদা চিংনকম থোক্তে হায়বসি অর্জ্জুনবু ভগবানন্না শ্লোক অসিদা তাকলিবনি।১২।

মতৌ অসুম্না পুক্নীং শেংদ্রিবা মী শিংগীদি সন্ন্যাস লৌবদগী কর্ম্মযোগ তৌদুনা লৈবা হেন্না কৈ হায়বসি তাক্লগা হৌজিক পুক্নীং শেংলবা মী শিংগীদি সন্ন্যাস লৌবসি কর্ম্মযোগতগী থোইনা হেন্না ফৈ হায়বসি ভগবানন্না তাক্লি—

**সর্ব্বকর্ম্মাণি মনসা সংন্যস্যাস্তে সুখং বশী।**
**নবদ্বারে পুরে দেহী নৈব কুর্ব্বন্ন কারয়ন্ ॥ ১৩॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা**:— বশী — হকচা ইন্দ্রিয়নচি বা পুম্নমকপু খুদুম চল্লুবা থম্লবা দেহী = হকচা গী মপু ওইদুনা লৈবা মীহুনা (জীবাত্মাদুনা) মনসা — মশাবু কর্ত্তা অমসুং ভোক্তা নত্তে হায়না পুক্নীংদা লেপ্লা মরমদগী সর্ব্বাণি কর্ম্মাণি = নিত্য নৈমিত্তিক কাম্য অমসুং নিসিদ্ধ কর্ম্ম পুম্নমকপু সন্ন্যস্য = থাদোক্লগা ন এব কুর্ব্বন — করিসু তৌদনা ন কারয়ন = ইন্দ্রিয়নচিংবুসু করিসু তৌহন্দনা, নবদ্বারে — থোঙ মাপল লৈবা পুরে — কোনুংগী মশক ওইবা হকচা সিদা সুখং আস্তে — নু ঙাইনা লৈ ॥ ১৩॥

**অপুনবা অর্থ** — হকচা, ইন্দ্রিয়নচি ববু খুদুম চল্লুনা থম্লবা অমসুং হকচাংগী মপু ওইদুনা লৈবা মী অদুনা মশাবু কর্ত্তা অমসু ভোক্তা নত্তে হায়না পুক্নীংদা লেপ্লা মরমদগী নিত্য নৈমিত্তিক কাম্যনচি বা কর্ম্ম পুম্নমকপু থাদোক্লগা মশামক করিসু তৌদনা অদুগা ইন্দ্রিয়শি বুসু করিসু তৌহন্দনা (সুপ্লা প্রারব্ধ কর্ম্ম লোইবা ঙাইদুনা) কোনুংগী মশক ওইবা থোঙ মাপল পানবা (লৈবা) হকচাং অসিদা নু ঙাইনা (হোংনবা তৌদনা য়াম্না লায়না) লৈ ॥ ১৩॥

**অথুপ্পা বা**

শ্লোক অসিদা শ্রীভগবান্না সন্ন্যাস তৌদুনা (কর্ম্ম থাদোক্লুনা) লৈবা মীবু **"দেহী"** (হকচাংগী মপু ওইবা) হায়বা বাহৈনা তাক্লি। মসিগী মরমদি—অপঙবা অজ্ঞানী ওইবা মী শিংনা হকচা সিবু মশামক্লি খঙই মসিদগী অতোপ্পনি হায়বসি নীংথিনা খঙদে। অদুগা কর্ম্মযোগ তৌবদগী পুক্নীং শে থবা মী শি দি চিংনবা লৈতনা মশাবু হকচাংদগী অতোপ্পনি হায়বসি নীংথিনা খঙই। সুপা উপাধি ওইবা অন্তঃকরণনা মরম ওইদুনা হকচাংগী মপু ওইদুনা লৈবনি হায়বা লেপ্লী। য়ুমদগী তোঙানবা অমসু য়ুমগী মপু ওইদুনা লৈবা মীবু **"গৃহী"** হায়বগুম্না মফম অসিদসু হকচাংদগীদি তোঙানবা অমসুং হকচাংগী মপু ওইদুনা লৈবা মীবু (আত্মাবু) **"দেহী"** হায়বনি। মসিদসু অপোবা হকচা অকুপ্পা হকচাং অমসুং পোক্ল শিন্না তৌবদা মরম ওইবা হকচা (কারণ শরীর অজ্ঞান)— অহুমসিবু "দেহ হায়বা বাহৈনা খঙগদবনি। সংসারগী অফ কন্ত থবক পুম্নমকসি হকচাং অহুমসিনা তৌদুনা লৈরিবনি আত্মাদি করিমত্ত তৌদে (কর্ত্তা নত্তে)। অপঙবা মীনা অহুমসিনা তিন্নদুনা অমত্ত ওইনা মশাবু খঙবদগী অহুমসিনা তৌববু মশানা তৌবনি খঙৈ মহৃদগী তৌরিবা থবক পুম্নমক অদুগী মহৈ চাবনি (ভোক্তানি) হায়নসু খঙই। অদুবু জ্ঞানী ওইবা মীদি মশাবু অতোবা (কর্ত্তা) নত্তে খঙবা মরমদগী ভোক্তাসু (মহৈ চাবসু) নত্তে হায়বসি নীংথিবা লেপ্লী। মরম অসিদগী হকচাংনা তৌদুনা লৈরবসু মশামক করিমত্ত তৌদনা (ন কুর্ব্বন) লৈ হায়না ভগবান্না তাকপনি। মতৌ অসুম্না মশাগী (আত্মাগী) মশক খঙবা মরমদগী মচুতদা

পুক্নী থিজিন্দুনা থম্বা মরম্না মীৎ নাকো নচিংবা ইন্দ্রিয়শিংবুস্থ মখোয় মখোযগী থবকশি বু তৌ-ন্দনা থিংত্নুনা থম্মি হায়বসিবুস্থ তাকপনি। মসিবু অহানবদস্থ "প্রকৃতে ক্রিয়মাণানি গুণৈং কর্ম্মাণি সর্ব্বশ" (৩/২৭) অসিনচিংবদা তাকখ্রে। আত্মাদি লেঙদনা, কায়দনা অমস্থং যাম্না তপ্না লৈবা পোং অমনি। উপনিষংশি নস্থ আত্মাগী অশেংবা মওঙবু অস্মা তাক্লি—"ন তস্য কার্য্যং করণঞ্চ বিদ্যতে ন তৎসমশ্চাহভ্যধিকশ্চ বিদ্যতে" (শ্বেত উ ৬/৮)—"মহাক্কী কার্য্য (হকচাং) অমস্থং করণ (মী নচিংবা ইন্দ্রিয়) করিমত্ত লৈতে। মাগা মান্নবা অতোপ্পা অমস্থ লৈতে অহুগা মঙোন্দগী হেনগৎপস্থ লৈতে।" "নিষ্কলং নিষ্ক্রিয়ং শান্তম্ (শ্বেত উ ৬। ৯)—"মহাক্কি মচেং মকায তাদবা, ক্রিয়া লৈতবা (লেঙ ও পা তৌদবা) অমস্থং যাম্না তপ্পা অমনি।" "নিত্যঃ সর্ব্বগতো হ্যাত্মা" (অন্ন উ ৫।৭৫)—তেক্ত কায়দনা মতম পূম্নমক্তা অমস্থং মক্কম পূম্নমক্তা শীনবা থু না লেঙদনা লৈবা আত্মানি।" অসঙ্গো হ্যং পুরুষ" (বৃ উ ৪।৩।১৫)—"হকচা সিন্দা লৈরিবা আত্মাসি (পুরুষ অসি) হকচাং ইন্দ্রিয়নচিংবগা লোয়ননা শম্নদে।" মতো অস্নুমা শীনবা থু না অমস্থং অমত্ত ওইনা লৈবা আত্মাসি—আকাশ যুমনা কোযশিন্দুনা পীক্লা লৈবা অহুগুম্না—অন্ত করণ উপাধিনা মরম ওইত্নুনা পীক্লা হকচা সিদা লৈরিবনি অহুগা মাগী কোনুং ওইরিবা হকচাং অসিগীস্থ মথক্রোমদা (কোক্কী শরুক্তা) চীন মীৎ অনী নাতোন অহাব অনী অমস্থং নাকোং অনী পূম্না তবেং অসি থোঙ ওইনা লৈ অহুগা মথবোমদা ঈশি থোঙ অমস্থ অমাংথোঙ অনীসি লৈ। মরম অসিনা থোঙ মাপল লৈবা কোনুং হকচা সিনি তাকপনি। অসিহুনা কোনুং অসিদা জীবাত্মানা লৈরগা শিবা মতমদা জীবাত্মা থোঙ মাপলগী মনু দা থোঙ অমদা হকচাং-সিবু থাদোক্তুনা চথোকখি। মহুদস্থ য গদবা মরৈগী মতু ইন্না মথক্কী থোংলোমদা চংথোকথ্রবদি অযবা খুবম যংই অহুগা মখাগী থোংলোমদা চথোকথ্রবদি যক্তবা খুবম যংই। কর্ম্মযোগনা মরম ওইত্নুনা জ্ঞান যংলবদি অমুক হনা চথোক চং, ন তৌদে মখাক্লা মতম অহুদা কৈবল্য মোক্ষ য ই। যীবম অসিদা যমগী মতু দা লৈবা আকাশ অহানবদা পীক্লা উরবস্থ য়ুম তেক্তুনা মাঙথ্রবা মতুংদা মাগী অশেংবা মওঙদা শীনবা থু না লৈবগুম্না জ্ঞানী অহুগী প্রারব্ধ কর্ম্ম লোইখিত্নুনা অন্ত করণগা লোয়ননা হকচাং মাঙলবা মতু দা জ্ঞানীগী আত্মাহস্থ মাগী অশেংবা মওঙদা শীনবা থুংনা ব্রহ্মগী মশক ওইনা লৈ। অসিগুম্বা আত্মা অসিগী মশক খঙনবা শক্তিদি মীওইবদা অন্ত করণ (পুক্নীং) শেংলবা মতুংদা লাকই। অহুগা পুক্নীং শেংনবা উপাযদি কর্ম্মযোগ তৌবনি। মরম অসিনা পুক্নীং শেংলবা মতু দা কর্ম্মযোগ তৌবগী কান্নকম লৈতে। মতম অহুদা কর্ম্মযোগ তৌত্নুনা লৈরবদি আত্মচিন্তন তৌনবা মতম য লোই। মরম অসিদগী পুক্নীং শেংলবা মতুংদা সন্ন্যাস লৌবসি কর্ম্মযোগদগী থোইনা হেন্না যৈ হাংবসি ভগবান্না তাকপনি॥ ৩॥

আত্মা অতৌবা (কর্ত্তা) নত্তে অহুগা অতোপ্পবু থৌদাহনা তৌহনবস্থ নত্তে হায়না তাক পীরিবসি হৌনশারা নত্রগা করিগুম্বা মরম অমদগী ওইরকপরা—অস্নুমা চিংনরবদা আত্মা অতৌবং নচিংবা ওইদবসি হৌনশানি হাযত্নুনা ভগবান্না অস্নুমা তাক্লি—

**ন কর্ত্তৃত্বং ন কর্ম্মাণি লোকস্য সৃজতি প্রভুঃ।**
**ন কর্ম্মফলসংযোগং স্বভাবস্তু প্রবর্ত্ততে ॥ ১৪ ॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা**— প্রভু =হকচাংনচিংবগী মপু ওইনা লৈরিবা আত্মা লোকস্য=হকচা নচিংবা উরিবা পূম্নমকসিবু কর্ত্তৃত্বং ন সৃজতি=থোদাহনা তৌদ্দে, কর্ম্মাণি=অদুগা হকচাংনচি বগী থবকশিং বুস্য ন সৃজতি=মশামক্না তৌদে (শীন্দে), কর্ম্মফলসংযোগং=কর্ম্মশিংগী মহৈ ফংনবস্য ন সৃজতি=শীন্দে অদুগা মশামকস্য কর্ম্মগী মহৈ চাদে স্বভাব তু=অদুমক ওইদুনস্য অবিদ্যাগী মশক ওইবী প্রকৃতি প্রবর্ত্ততে=তৌংনা অমস্য তৌহন্দনা লৈ। ১৪।

**অপুনবা অর্থ** — হকচা নচিংবগী মপু ওইদুনা লৈবা আত্মাসিনা হকচা নচি বা পূম্নমকপু থোদাহুনা তৌহন্দে, থবক পূমনমকপুস্য মশামক্না তৌদে (শীন্দে) অদুগা মহাক্না মথোয়বু কর্ম্মগী মহৈ ফংনবা শীন্দে, মশামকস্য কর্ম্মগী মহৈ চাদে অদুমক ওইদুনস্য অবিদ্যা (মায়া) গী মশক ওইবী প্রকৃতিসিনা পূম্নমকপু তৌদুনা অমস্যং তৌহন্দুনা লৈ ॥ ৪।

অথ্যপ্বা বা

"লোক্যতে দৃশ্যতে ইতি লোকঃ"—উরিবা অমস্য খংংলিবা সংসারগী পোৎ পম্নমকপ লোক কৌই। নত্রগা "লোক্যতে ভূজ্যতে কর্ম্মফলং যস্মিন্ ইতি লোক"—"কর্ম্মগী মহৈ চান নবা হকচা নচি ববু লোক কৌই।" মদুদা অউবা অমস্যং অখণ্ডবদি আত্মানি। মাবুদি কনা অমত্তনস্য উবা অমস্যং খংবা ঙমদে। মাদি মশা মতোমদা ঙান্দুনা অদুগা অতোপ্পবুস্য ঙান থোক্লনা লৈবা পোৎ অমনি। মরম অসিন্না মানা হকচা নচি বা সংসারগী পোৎ পূম্নমকসিবু উরিবনি অমস্যং খংলিবনি। মহাক নিষ্ক্রিয় ওইবদগী (লেঙ ওৎপনচি বা তৌদবদগী) করিগুম্বা থবক অমগী অতোবা নত্তে অদুগা অতোপ্পা হকচাংনচি ববস্য থোদাহনা করিমত্ত তৌহন্দে। তৌরিবা অমস্যং তৌহল্লিবা পূম্নমক অসিদি পরমাত্মাগী শক্তি ওইবী মাযানা মরম ওইবা ঙাক্লেনি। মসিবু মফম অসিদা "স্বভাব" হায়না তাক্লি। স্বভাব ওইবী শক্তিসিগী মরমদা শ্রুতিনস্য অস্ুম্না তাক্লি—"পরাঽস্য সক্তির্বিবিধৈব শ্রূযতে স্বাভাবিকী জ্ঞানবলক্রিযা চ" (শ্বেত উ ৬।৮) —"পরমাত্মাসিগী মায়াগী মশক ওইবী অথোইবা শক্তিদি জ্ঞান বল (পাঙ্গল) অমস্যং ক্রিযা অসুম্না মখল মখা য়াম্না তাবা ফই।" মরম অসিদগী আত্মা হৌনশা ওইনা করিমত্তা তৌদে অমস্যং তৌহন্দে হায়বসি সিদ্ধ ওই। অদুবু ঐথোয়না মাবু তৌনা (অতোবা ওইনা) অমস্য তৌহন্না খংলি উরিবসিদি অবিদ্যা (অজ্ঞান) লৈবা মরমদগীনি। অজ্ঞান লৈত্রবদি মাগী অশেংবা মওঙ অদু ঐথোয়না খংগদবনি। মরম অসিদগী অশে বমক্তি মহাক করিমত্ত তৌদে অমস্যং তৌহন্দে। ১৪।

মসিদা আর্জুনা চি অদুনা অস্ুম্না —য়— পরমাত্মা ঈশ্বর—তৌহনবনি অদুগা জীবাত্মানা অতোবনি। শ্রুতিনস্য অসুম্না তাক্লি—'এষ উ হ্যেব সাধু কর্ম্ম কারযতি তম্ যমুন্নিনিষতে এষ উ এবাঽসাধু কর্ম্ম কারযতি তম্ যমধো নিনিষতে" (কৌ ব্রা উ ৩।৮)— ঈশ্বরসিমক্না

জীবহুবু মথক্লোমদা পুৰা পাম্লবদি মাবু পুণ্য ওইবা অফবা থবক তৌহল্লী অদুগা ঈশ্বরসিমক্তা জীবহুবু মখারোমদা পুৰা পাম্লবদি মাবু পাপ ওইবা ফত্তবা থবক তৌহল্লী। মরম অসিনা জীব অতোবা অমস্তুং মহৈ চাবা নত্তে অদুগা ঈশ্বরস্থু থবক তৌহনবা মহৈ অপীবা নত্তে হায়বসি চুমদে। অসিগুম্বা অর্জুনগী চিংনবসিবু কোকহনগে হায়বগীদমক ভগবান্না অস্থুম্না পাউখুম পীরি—

নাদত্তে কস্যচিৎ পাপং ন চৈব সুকৃতং বিভুঃ।
অজ্ঞানেনাবৃতং জ্ঞানং তেন মুহ্যন্তি জন্তবঃ ॥১৫॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — বিভু = শীনবা থুৰা লৈরিবা পরমাত্মা কস্যচিৎ = কনা অমত্তগী পাপং ন আদত্তে — পাপ লৌদে ( জীবহুনা তৌখিবা পাপকী মহৈ মনীতম্না পীদে ) চ এব — অদুগা লেপ্পমক, সুকৃতং ন আদত্তে = পুণ্যবুস্থু লৌদে ( পুণ্যগী মহৈবুস্থু মমী তম্না পীদে), অদুমক ওইদুনস্থু—অজ্ঞানেন = মশাগী মশক খঙদবগী মশক ওইবা অজ্ঞাননা জ্ঞানং — মশাগী ( আত্মাগী ) মশক ওইবা জ্ঞান আবৃত = কুপ্পুনা ( খুমজিন্দুনা ) লৈ তেন — মরম অদুদগী, জন্তব = মশাগী মশক খঙদহুনা পোক্ল শিরা তৌহুনা লৈবা জীবশিং মুহ্যন্তি = শুমহত্তুনা লৈ ( ঐ অতোবনি ঈশ্বরনা ঈনশিন্দুনা তৌহনবনি, ঐ মহৈ অচাবনি ঈশ্বরনা মহৈ অপীবনি অসিনচিংবা লেপ্পগা য়াম্না রানা শুমহত্তুনা লৈ ) ॥ ১৫ ॥

**অপুনবা অর্থ** :— মফম পুম্নমক্তা শীনথুনা লৈবা পরমাত্মানা কনা অমত্তগী পাপ অমস্তু পুণ্যবু লৌদে। অদুমু অজ্ঞাননা মশাগী মশক জ্ঞানবু কুপ্পুনা ( খুমজিন্দুনা ) লৈবা মরমদগী পোকপা শিবা নাইনা লৈরিবা জীবশিং শুমহত্তুনা লৈ। ৫।

অথুপ্পা বা

মথক্তা হায়খিবা "এষ উ হ্যব সাধু কর্ম কারয়তি" অসিনচিংবা শ্রুতিগী মপান্থোংগী অর্থ য়েংবদা ঈশ্বরসি ঈনশিন্দুনা তৌহনবা ওইনা উৱবস্থু বিচার তৌহুনা হেংলবদি ঈশ্বরসি কনা অমত্তবু ঈনশিন্দুনা পাপ পুণ্যগী থবক তৌহন্দে। মহুম্না তৌহল্লবদি মহাক মীচঙ মীথায় নাইবা অমা ওইগনি। ঈশ্বরদি মতম পুম্নমক্তা পুম্নমক্কী মকমদা অমত্ত ওইনা চপ মান্নবা লৈরিবনি। মহাকনা ভক্তশিংবুদি পুণ্য কর্ম তৌহল্লী, অদুগা যেংথীনবা পাপী ওইবা জীবশিংবুদি পাপ কর্ম তৌহল্লী হায়না যাববদি অসিগুম্বা মীচঙ মীথায় নাইবা ঈশ্বরবু য়াদবনা হেন্না কৈ। মরম অসিনা ঈশ্বরবু মীচঙ মীথায় করিমত্ত নাইদবা মোংগুমনা খঙগদবনি। অকংবা লৈপাক্কী মথক্তা অমস্তু মনুংদা উহৈ বাহৈ, ঈন।। নাপীনচিংবগী মখল-মখা অয়াম্বা মরুশিং ঈশিং ফংদবা মরমদগী মযোল চোংবা ঙমদহুনা তাহুনা অমস্তুং ফুমহনা লৈ। মহুদা নোং তাবদগী ঈশিং ফংহুনা মরুশিংহু মযোল চোংহুনা হৌরকই। অদুগা হৌগৎলকইবা মরুশিং কয়ানা য়াম্না ফনা কয়া অমনা য়াম্না ফত্তনা হৌগৎলকই, মখোয় অমনা অমগা চপ মান্নবা কদৌথৈদস্থু হৌরক্তে। মরমদি মরুশিং অদুদা হান্নবা মখোয়-মখোয়গী অতোপ অতোপ্পা অফ যত্ত সংস্কারশিং লৈ, মহুগী মতুং ইন্না মখোয়

অক-কম্ভ মাইনা হৌগৎলকপনি, মহুদা নো মা মীচঙ-মীথায় মাইনা ঈশিং চাই হায়বা য়াদে নোংদি মখোয় পুম্নমক অহুদা চপ মান্নবা ঈশিং চাইব্রিবনি। মতৌ অহুম্না ঈশ্বরন্দু শীনথুংনা লৈরগা জীব পুম্নমক্কী মকমদা মঙাল পীব্রিবনি। মঙাল অহুনা মরম ওইহুন্না মখোয় মখোয়গী সংস্কারগী মতুং ইন্না জীব পুম্নমকসি অখোই অহেন, অক-কম্ভ মাইনা পাপ অমসুং পুণ্য কর্ম্ম তৌহুনা মহুগী মহৈ চাদুনা ওমখৈ লেতবা মতমদগী লৈরকলিবনি। মসিদা মঙাল পীব্রিবা ঈশ্বরবু মীচঙ মীথায় মাই হায়বা য়াদে। জীবশি না মখোয়গী সংস্কারগী মতুং ইন্না করম্না মহৈ ফংই হায়বসিদম্দু ঈশ্বরনা তৌহল্লী হায়না শ্রুতিনা তাকপনি ঈশ্বরনা মনী‍ং তৌনা তৌহল্লী হায়বা রা মন্তে। মহুদা জীবশি মসু মশাগী মশক খঙদবদগী ঐখোয় অতৌবনি অহুগা ঈশ্বর ঐখোয়বু তৌনবা ঈন্নশিনবনি অসিনচিংবা লেপ্পুংনা শুমহত্ত না লৈব্রিবনি। মসিবু ভগবান্না শ্লোক অসিদা অজ্ঞাননা জ্ঞানবু কুপ্পুংনা লৈবদগী জীব পুম্নমক শুমহত্তুংনা লৈ হায়না তাকপনি। মখোয়না মশাগী অশে বা মশক খঙলবদি অতৌবা তৌহনবা অসিনচি বা করিমত্ত খেন্নদনা অমত্ত ওইনা লৈগদবনি। ১৫।

অসুম তৌনা অজ্ঞাননা আত্মাগী মশক ওইবা জ্ঞানবু কুপ্পুংনা থম্নবদি করম তৌনা মোক্ষ পামবা মীশি না মুক্তি ফংবা ঙমগনি হায়না চিংনরবদা পুক্নীং শেংহুনা আত্মজ্ঞান ফংলবদা মহুদগী অজ্ঞান মাঙখিহুনা মুক্তি ফংগনি হায়বসি অসুম্না তাক্লি—

জ্ঞানেন তু তদজ্ঞানং যেষাং নাশিতমাত্মনঃ
তেষামাদিত্যবজ্জ্ঞানং প্রকাশযতি তৎপরম্ ।১৬।

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — আত্মন জ্ঞানেন তু=আত্মাগী মশকপু শংশঙনা খঙবগী মশক ওইবা জ্ঞান অহুনা, তৎ জ্ঞানং=আত্মাবু কুপ্পুংনা থম্লিবা অজ্ঞান অহুবু যেষাং=মী শিংহুগী নাশিতম=মাঙহনখি তেষাং=অহুগুম্না মখোয়শিংহুগী জ্ঞানং=আত্মজ্ঞান অহুনা আদিত্যবৎ=নুমিৎনা পোৎশিং ঙান্থোক পগী মতৌগুম্না, তৎ পরম=আত্মাগী মশক ওইবা পরমব্রহ্মতত্ত্ববু প্রকাশযতি=ঙান্থোকই। ১৬।

**অপুনবা অর্থ** — আত্মাগী মশকপু শংশঙনা খঙবা জ্ঞান অহুনা আত্মাবু কুপ্পুংনা থম্লিবা অজ্ঞান অহুবু মী মখোয়হুগী মাঙহনখি অহুগুম্না মখোয়হুগী আত্মজ্ঞান অহুনা নুমিৎকী মতৌগুম্না আত্মাগী মশক ব্রহ্মতত্ত্ব অহুবু ঙান্থোকই॥ ১৬॥

## অথুপ্পা বা

অজ্ঞানবু মাঙহনবা ঙম্বসি জ্ঞানতনা ঙম্মি। জ্ঞান নত্তবা অতোপ্পা অমনা কদৌঙৈদসু অজ্ঞানবু মাঙহনবা ঙমদে। মরম অসিনা "জ্ঞানেন তু"— "জ্ঞানতনা" ঙম্মি তাকে হায়বগীদমক "তু" হায়বা বাহৈ অসি পীব্রিবনি। মহুদসু অজ্ঞানগী বিষয় ওইহুনা লৈব্রিবা পোৎ অহুগী জ্ঞানতনা মহুগী অজ্ঞানবু মাঙহনবা ঙম্মি, অতোপ্পা অমগী জ্ঞাননা অতোপ্পা পোৎ অমগী অজ্ঞানবু মাঙহনবা ঙমদে। চকুগী জ্ঞাননা ঈশিংগী অজ্ঞানবু মাঙহনবা ওইথোক্তবনি। অহুগা অজ্ঞান

অসি ঙমখৈ লৈতবা মতমদগী ( অনাদি কালদগী ) লৈরকলিবনি, কনাগুম্বা মী অমদা লৈবা ঈশিংগী অজ্ঞান করম্বা মতমদগী লৈরকপনো হায়বসিবু কনা অমত্ত তাকপা ঙমদে। মতৌ অসুম্না ঈশিংগী অজ্ঞান অনাদি ওইরবসু মী অহুদা ঈশিংগী জ্ঞান লৈবমক্তদা অজ্ঞান অহ মাঙখি হায়বসি মী পুম্নমকনা নীংথিনা খঙনরিবনি। হায়রিবা অসুম্না জীব খদিংদা অনাদি কালদগী আত্মাগী অনাদি ওইবা অজ্ঞান অসি লৈরকলিবনি অহুগা অজ্ঞান অসিদগী অনাদি কালদগী জীব পোকপা শিবা নাইহুনা কর্ম্মগী মতুংইন্না সংসারদা কোয়হুনা লৈরকলিবনি অহুগা মতু দসু অজ্ঞান লৈরিবা ফাওবা কোয়দুনা লৈগদবনি। হাযরিবা আত্মাগী অজ্ঞান অসিসু আত্মাগী জ্ঞানদগী মাঙগনি অতোপ্পা জ্ঞানদগী মাঙলোই। মতৌ অসুম্না আত্মজ্ঞানদগী আত্মাগী অজ্ঞান মাঙবমক্তদা পরব্রহ্মগী মশক ওইবা আত্মতত্ত্ব অহুসু মশামক জ্ঞানগী মশক ওইবা মরমদগী মশা মতোমদা ফোঙদোকই মাবু ঙান্থোক্লবা অতোপ্পা জ্ঞানগী কান্নফম লৈতে। আত্মজ্ঞানগী থবক্তি সুপ্পা আত্মাগী অজ্ঞানবু মাঙহনবনি আত্মতত্ত্ববু ঙান্থোকুবা নত্তে। অসিগুম্বা আত্মতত্ত্বগী মশা মতোমদা ঙান্থোক্লুনা লৈবা ফীবম অসিবু ব্রহ্মসাক্ষাৎকার কৌই। ফীবমসিবু য়ৌরবা মীনা মুক্তি ফংই মহাক অমুক হন্না পোকপা শিবা নাইবা সংসারসিদা লাক্তে ॥ ১৬ ॥

মতৌ অসুম্না আত্মজ্ঞান ফংলবা মীনা প্রারব্ধ কর্ম্ম লোইহুনা হকচাং থাদোক্লিবা ফাওবা করম তৌনা লৈ হাযবহু রৌজিক ভগবান্না অসুম্না তাক্লি—

তদ্বুদ্ধয়স্তদাত্মানস্তন্নিষ্ঠাস্তৎপরায়ণাঃ।
গচ্ছন্ত্যপুনরাবৃত্তিং জ্ঞাননির্ধূতকল্মষাঃ ॥ ১৭ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যাঃ—** তদ্বুদ্ধয় —শংশঙনা খঙবা জ্ঞান্না ফোঙলবা মতু দা ফোঙলিবা সচ্চিদানন্দ ব্রহ্মতত্ত্ব অহুদা রাখল থিংজিন্দুনা থম্নবা, তদাত্মান =পরব্রহ্মতত্ত্ব অহুমক্তবু আত্মানি ( মশামক্লি ) লেপ্পবা, তন্নিষ্ঠা —কর্ম্ম তৌবা পুম্নমকপু থাদোক্লুনা ব্রহ্মতত্ত্ব অহুমক্তদা লৈরবা ত পরায়ণা — অহুগা ব্রহ্মতত্ত্ব অহুমক্তবু মখোয়গী অথোইবা চঙজফম ওইরবা মীশিং অহুদি, জ্ঞাননির্ধূতকল্মষা —আত্মজ্ঞানহুনা অমুক হন্না হকচাং ফংবদা মরম ওইগদবা পাপ পুণ্য পুম্নমক মরু ওইবা অবিদ্যা ( অজ্ঞান ) গা লোয়ননা মাঙথোকখিহুনা অপুনরাবৃত্তি =অমুকহন্না হল্লক্তবগী মশক ওইবা কৈবল্য মুক্তিবু গচ্ছন্তি —ফংই। ১৭ ॥

**অপুনবা অর্থ ঃ—** শংশঙনা খঙবা জ্ঞাননা ফোঙদোক্লিবা ব্রহ্মতত্ত্বদা রাখল থিংজিন্দুনা থম্নবা, ব্রহ্মতত্ত্ব অহুমক্তবু আত্মানি ( মশামক্লি ) লেপ্পবা, কর্ম্ম তৌবা থাদোক্লুনা ব্রহ্মতত্ত্ব অহুমক্তদা লৈরবা অহুগা ব্রহ্মতত্ত্ব অহুমক্তবু মখোয়গী অথোইবা চঙজফম ওইরবা মী শিং অহুদি আত্মজ্ঞান অহুনা পাপ পুণ্য পুম্নমক মাঙখিবদগী অমুক হন্না হল্লক্তবগী মশক ওইবা মোক্ষবু ফংই ॥১৭॥

## অথৃপ্পা বা

শংশঙনা খঙবা জ্ঞান কদাযবু কৌবগে হায়বসি বরাহোপনিষত্তা অস্মুম্না তাক্লি—"অহং ব্রহ্মেতি চেদ্বেদ সাক্ষাৎকারঃ স উচ্যতে" ( ব উ ২।৪২ )—"ঐ ব্রহ্মনী অস্মুম্না খঙলবদি জ্ঞান অহুবু শ শঙনা খঙবা জ্ঞান কৌই।" মরম অসিনা শ্লোক অসিদস্মু ভগবাম্না মসিবু তাক্সে হায়বগী-দমক "তদ্বুদ্ধয়ং' হায়বগী তুংদা 'তদাত্মনঃ —( ব্রহ্মতত্ত্ববু আত্মানি মশামক্লি খঙবা ) হায়ব্রিবনি অহুগা মহ খঙলবদা কর্ম্ম তৌত্তনা লৈবা অরেম্বনি তাক্ননা "তন্নিষ্ঠা —( ব্রহ্মতত্ত্বদা লেঙদনা লৈবা ) হায়বনি। মরমদি কর্ম্ম তৌহনা লৈরবদি ব্রহ্মতত্ত্বদা পূক্নী, থমহনা লেঙদনা লৈবা ঙম্মোই অহুনা ব্রহ্ম নত্তবা উরিবা পোং পুম্নমক অসিদি মঙদা উবা পোংশিংগী মতৌগুম্না মিথ্যানি মাযাদনা মরম ওইহনা উব্রিবনি মখোয়দা পুক্নী চঙহনা লৈবা চুমদে হায়বসি তাকুবগীদমক 'তৎপরাযণা "—( ব্রহ্মতত্ত্বদবু অথোইবা চঙজফম ওইবা ) হায়বনি। শ্রুতিনস্মু অস্মুম্না তাক্লি—"ভেদদৃষ্টির্বিবিদ্যোয়ং সর্ব্বথা তাং বিসর্জযেৎ। ( ম উ ৫।১১৩)—"তোঙান তোঙান্না খেন্নবা উরিবসিদি অবিদ্যানি ( অজ্ঞান্দগী উরিবনি ) মরম অসিনা মসিবু পুমথা থাদোক্তদবনি।" মস্মুম্না তৌরবতদা অন্নাবা মচেং অমত্ত লৈতবা ব্রহ্মগী মশক ওইবা নুংঙাইবহু ফংগদবনি। মরম অসিনা সনৎকুমার ঋষিনা নারদবু অস্মুম্না তাক্লি—"যো বৈ ভমা তৎসুখং নাহল্পে সুখমস্তি'—( ছা উ ৭।২৪।১ )—"অনীশুবা লৈতনা শীনবা থুংনা লৈবহু নুংঙাইবনি ( নু ঙাইবগী মশক ওইবা ব্রহ্মনি ) তোঙান্না পীক্লা লৈবা পোত্ত নুংঙাইবা লৈতে।' মতৌ অস্মুম্না যরিবা অসিমক্তবু তশেংনা তাক্লনা সনৎকুমারনা অমুক হন্না হায়রি—"যত্র নাহন্যৎ পশ্যতি নাহন্যচ্ছৃণোতি নাহন্যদ্বিজানাতি স ভমা অথ যত্রাহন্যৎ পশ্যত্যন্যচ্ছৃণোত্যন্যদ্বিজানাতি তদল্পম্ যো বৈ ভূমা তদমৃতমথ যদল্পং তন্মর্ত্যম্" ( ছ উ ৭।২৪।২ ) — " মহুদা অতোপ্পা অমা উদে অতোপ্পা অমা তাদে, অতোপ্পা অমা খঙদে মহু শীনবা থু না লৈবনি, অহুগা মহুদা অতোপ্পা অমা উই, অতোপ্পা অমা তায় অতোপ্পা অমা খঙই মহু অপীকপনি শীনবা থু না লৈবহু অমৃতনি (পোকপা শিবা নাইদবনি) অহুগা অপীকপা অহু মত্যনি ( পোকপা শিবা নাইবনি )। শীনবা থুংনা লেরিবা পোং অহুম্মু কনানো হায়বসি তশেংনা অস্মুম্না তাক্লি—"অহমেবাহধস্তাদহমুপরিষ্টাদহং পশ্চাদহং পুরাস্তাদহং দক্ষিণতোহহমুত্তরতোহহমেবেদং সর্ব্বমিতি।" ( ছা উ ৭।২৫।১ )— "ঐমক মখারোমদা লৈ, ঐ মথক্লোমদা লৈ ঐ তুংলোমদা ( নোংচুপ্পা ) লৈ, ঐ মাঙলোমদা ( নোংপোকলোমদা ) লৈ, ঐ মখা মায়কৈরোমদা লৈ, ঐ অরাংথংবা মাযকৈরোমদা লৈ পুম্নমকসি ঐমক্তনি ( ঐঙোন্দগী অতোপ্পা অমা লৈতে )।' মশুম্না শংশঙনা খঙলবা মীগী মরমদস্মু অস্মুম্না হায়রি—"স বা এষ এবং পশ্যন্নেবং মন্বান এবং বিজানন্নাত্মরতিরাত্মক্রীড আত্মমিথুন আত্মানন্দ স স্বরাড ভবতি" ( ছা উ ৭।১৭।১ )—"মী অহুনা অস্মুম্না উরবদি, অস্মুম্না নীংলবদি

অস্থুম্না শ,শঙনা খঙলবদি মহাক আত্মাতবু পাম্মী, আত্মাতদা শাম্নে, আত্মাদা মাগী অনীশুবা ওই, আত্মাতদা নু,ঙাই অমস্থু, মহাক স্বরাট (মশামক্কী নি থৌরেল) ওইদুনা লৈ। অসিগুম্না মী অসি শিরবা মতু,দা অমুক হন্না হল্লক্তে মাগী অশেংবা মশক সচ্চিদানন্দ ব্রহ্ম ওইদুনা লৈ ফায়বসিবুস্থ অস্থুম্না তাক্লি— "ভুয়ন্তে ন নিবর্ত্তন্তে পবাববিদো জনাং" (কুণ্ডি উ ২২)— "সগুণ অমস্থু, নিগুণব্রহ্মবু মশামক্কি খঙবা মী শি, অমুক হল্লক্তে।" "ন চাস্তি পুনবাবৃত্তিবস্মিন্ সংসাবমণ্ডলে (যো শি উ ৫। ১)— "স,সার মণ্ডলসিদা অমুক হন্না লাক্তে।" মতৌ অস্থুম্না শ্রুতিশি,না তাকপা অথূপ্পা বা পুম্নমকপু শ্রীভগবান্না যাম্না শম্না মফম অসিদা তৌফম খঙদনা লৈরিবা অর্জ্জুনবু খঙজসনু হায়না তাকপনি ॥ ১৭ ॥

জ্ঞানীশি,গী জ্ঞানগী মহৈ ওইনা শিরবা মতু,দা ফংগদবা কৈবল্য মোক্ষ তাক্লগা হৌজিক প্রারব্ধ কর্ম্ম মতু, ইন্না হিংলিঙৈগী মতমদা জীবন্মুক্ত ওইদুনা লৈবগী মওঙবু অস্থুম্না তাক্লি—

বিদ্যাবিনয়সম্পন্নে ব্রাহ্মণে গবি হস্তিনি।
শুনিচৈব শ্বপাকে চ পণ্ডিতা সমদর্শিন ॥ ১৮ ॥

**অন্বয ব্যাখ্যা** — বিদ্যাবিনয়সম্পন্নে=বেদনচি,বা ধর্ম্মশাস্ত্রশি,বু যাম্না খঙ হৈবা অমস, চাউ থোকপা লৈতনা যাম্না নোল্লক্লা লৈবা, ব্রাহ্মণে=ব্রহ্মবু মশামক্কি খঙবা নত্রগা জাতিদা ব্রাহ্মণ ওইবা অফবা মীদা, গবি=স,স্কার করিমত্ত লৈতবা অতেবা যণদা হস্তিনি=তমোগুণ য়াম্না লৈবা শামুদা শুনি চ=অমস্থু, হুইদা শ্বপাকে চ=অদুগা চাণ্ডালদা পণ্ডিতা=জ্ঞানী ওইবা মী শি,না, সমদর্শিন এব=অমত্ত ওইনা চপ মান্নবা লৈবা ব্রহ্মমক্তবু য়ে,ই (উই)।

**অপুনবা অর্থ** — শাস্ত্রশি,বু যাম্না খঙ হৈবা চাউথোক্তনা নোল্লক্লা লৈবা ব্রাহ্মণদা, যাদা শামু হুই অমস্থু, চাণ্ডালদা চপ মান্নবা শিনবা থু না লৈবা ব্রহ্মমক্তবু জ্ঞানী ওইবা মী শি,না য়ে ই (উই) ॥ ৮।

অথূপ্পা ব

মী খুদি,মক্লা স,সারসিদা যে,বা মতমদা হৌনশা ওইনা পোং পুম্নমকসিবু অমনা অমদগী য়াম্না খেন্নবা উই, যে,নু য়ে,লুবা মফমদা অপিক অচৌ অমস্থু, অক ফত্ত খায়দনা লৈবা পো,ং অমত্ত উদে। মখোযগী মীংযে,দা পরমাত্মানা শেম্বা স,সারসিদা খেন্নবগী বুদ্ধি লৈতবা পোং অমত্ত লৈতে। মরম অসিনা জ্ঞান লৈতবা অচম্বা মী-শি,না পোং পুম্নমক্লা চপ মান্নবা য়ে,বসিবু ওইথোক্তবনি খল্লী অদুগা থাজবস্থ তৌদে। অদুবু মফমসিদদি শ্রীভগবান্না তাক্লি— পণ্ডিতশি,না ব্রাহ্মণ, চাণ্ডাল, যণ, শামুনচি,বা পুম্নমক্লা অমত্ত ওইনা চপ মান্নবা য়ে,ই। মরম অসিনা ঐথোয়না মসিগী মরমদা নী,থিনা বিচার তৌবা তাই। বিচার তৌদুনা য়ে,লবদি পুম্নমকসি অমত্তনি, মখোয়দা করিমত্ত খেন্নবা লৈতে হায়না শ্রীভগবান্না তাক্লিবা অসি নী,থিনা খঙবা ঙমগনি।

 

ঐখোয়না সংসার পুম্নমকসিবু জড ( অশিবা ) অমসুং চেতন ( অহিংবা ) খায়না অনীথোক্লা লৌসী। মতুদা চেতন অসিবুসু ঐখোয়না মশীং লাকওমদনা উরি। উরিবা চেতনশিংসি অমত্তরা নত্রগা তোঙান তোঙানবরা হায়বসিগী মরমদা হানবদা ঐখোয়না বিচার তৌদুনা লেপসী। ঐখোয়গী মীংয়েংদা মুমিংসি অমত্তনি ময়াম নত্তে হায়বা মী পৃম্নমক্না চি নবা লৈতনা য়ানরিবনি। অদুবু অমত্ত ওইবা মুমিংসি মমি ওইনা গঙ্গাগী ঈশি দা পুখ্রিগী ঈশিংদা যুদা অমসুং যুংনচিংবা ঈশি দা তারবদি ময়াম ওইনা উই। অশেংবমক্তি মুমিং অমত্তনি, ময়াম নত্তে, মমি তাকম ওইবা পোংশিং খেন্নবদগী ময়াম ওইনা উবদনি। অদুগা মমি তারিবা ঈশিংশিং অদুসু অক-ফক্ত য়াম্না খেন্নরি। অদুবু মখোয়না খেন্নে হায়দুনা মুমিং খেন্নে অমসুং মুমিংকী মমিশিং অদুসু অফ ফক্ত নাই হায়বা য়াদে। মখোয়শিংদুদি ঈশিংশি অদুগা করিমত্ত শম্নদনা লৈরিবনি, সুপ্না ঈশিং ওইবা উপাধি ময়াম ওইবদগী ময়াম ওইনা উরিবনি, উপাধিশি লৈত্রবদি অমত্ত ওইবা মুমিংমক্ত ওইদুনা লগদবনি, মতুদা খেন্নবা উবা অমসুং য়েংবা য়াদে। মতৌ অদুগুম্না ব্রাহ্মণগী হকচাংদা ঈশিং ওইনা লৈবা অন্ত করণদা, যণদা লৈবা অন্ত করণদা, শামু হুইনচিংবদা লৈবা অন্ত করণশিংদা মমিশিং ওইনা অমত্ত ওইবা ব্রহ্ম চপ মান্নবা লৈরিবনি সুপ্না উপাধিশিং খেন্নবদগী খেন্নবা উবদনি অশে বমক্তি অমত্ত ওইবা ব্রহ্ম মখোয়শিং অদুদা খেন্নবা লৈতনা চপ মান্নবা লৈ, মঙোন্দা উপাধিশিংগী অক ফক্ত খেন্নবদগী খেন্নবা করিমত্ত লৈতে। মরম অসিদগী শ্রীভগবান্না ব্রাহ্মণনচিংবা সম্নমক্না পণ্ডিত ওইবা মী শিং সম ওইবা ( চপ মান্নবা লৈবা ) ব্রহ্মমক্তবু য়েংই ( উই ) হায়বসি তাকপনি।

মসিগুমদুনা খেন্নবা উরিবা জডশিং ( থব্রায়পান্দবশিং ) অসিদসু মখোয়গী খেন্নরিবদু অশেংবা খন্নবরা নত্রগা উবমক্তরা হায়বসিগী মরমদা শম্নপ্না বিচার তৌসি। সনা লুপানচিংবনা মখল মখা ময়ান্বা লীক কোন শাদুনা অমসুং শীজিন্নবা মতুং ইন্না অতোপ অতোপ্পা মিং থোন্দুনা ময়াম ওইবগী মতৌগুম মী শিংনা খেন্ন খেন্নবা ( অতোপ অতোপ্পা মওঙ ওইনা ) শি নরি। সনা লুপানা শাবা অতোপ অতোপ্পা মওঙশিং অদুবু না দা চিল্লবদি কুণ্ডল নাইন ঙকশমদা শিরবদি লীক, খুংশাদা শরবদি খুদোপ অদুগা খুদাংদা শিরবদি খুজি অসিনচিংবা কৌনরি। অদুবু খেন্নবা উরিবা অমসুং শীজিন্নরিবা মখোয়শিংদুদা নীংথিনা য়েংশিল্লবদি মখোয়শিংদু সনা লুপাদগী অতোপ্পা মমা ওইবরা? অশিংবা মীনদি মখোয়শিং অদুবু সনা-লুপামক্তি, অতোপ্পা অমা নত্তে হায়দুনা শায়দনা অমত্ত ওইনা য়েংগনি। মতৌ অসুম্না ঐখোযনা খেন্নবা উরিবা ব্রাহ্মণগী হকচা না শামুনচি বগী হকচাং পুম্নমকসিসু খেন্নবা উরবসু শাবদি পঞ্চভূতনা শাবা ঙাক্তনি, মদুদগী খন্নবা অতোপ্পা মচাক অমত্ত য়াওদে। অদুগা পঞ্চভূত অদুসু পরমেশ্বরগী শক্তি ওইবী মায়াদগী পারকপনি, মদুদগী করিমত্ত খেন্নদে অদুগা মাযা অদুসু শক্তি ওইবা মরমদগী মাগী চঙজফম ওইনা লরিবা পরমাত্মাদগী অতোপ্পা অমা নত্তে। মসিবু শ্রুতিনসু অসুম্না হায়রি—"তস্মাদ্বা এতস্মা দাত্মন আকাশ সম্ভূতঃ আকাশাদ্বায়ুঃ, বায়োরগ্নিঃ, অগ্নেরাপ, অদ্ভ্যঃ পৃথিবী, পৃথিব্যা

**ওষধয ওষধীভ্যোঽন্নং অন্নাৎ পুরুষ**" ( তৈ উ ।১ )— মায়াশক্তিগী আশ্রয় ওইনা লৈরিবা অমসুং আত্মা অসিদগী খেন্নদবা পরমাত্মা অদুদগী খায়দগী অহানবদা আকাশ পোক্লকই আকাশদগী নুংশিৎ, নুংশিত্তগী মৈ, মৈদগী ঈশিং ঈশিংদগী পৃথিবী মতৌ অসুম্না পঞ্চভূত পোক্লকই। মদুগী মতুংদা পৃথিবীদগী উরী ৱারীনচিংবা নাপী শীংবী নাপী শাংবীদগী চীজাক অমসুং চীজাকশী হকচাংসি পোক্লকই।" মরম অসিদগী মক্ত ওইনা পরমাত্মা নত্তবা অতোপ্পা পোৎ অমত্ত লৈতে। হায়রিবা পরমাত্মা অসি খেন্নবা উরিবা পোৎ পূম্নমক্তা মক্ত ওইনা শীনবা থুংনা লৈবা মরমদগী মদুবু ব্রাহ্মণ নচি বা পূম্নমক্ত। জ্ঞানীশিংনা যেংই (উই) মদুদগী অতোপ্পা অমবু উদে হায়বসি শ্রীভগবান্না অর্জুনগী মক্ষমদা তাকপনি। মসিবু শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণদসু শ্রীভগবান্না উদ্ধবকী মফমদা হায—"**ব্রাহ্মণে পুল্কসে স্তেনে ব্রহ্মণ্যেঽর্কে স্ফুলিঙ্গকে। অক্রূরে ক্রূরকেচৈব সমদৃক্‌ পণ্ডিতো মত** ( ১১।২৭। ৪ ) "ব্রাহ্মণ, চাণ্ডাল, হুরানবা ব্রাহ্মণভক্ত নুমিৎ মৈরীক থৌজাল হৈবা থৌজাল হৈতবা মসি পূম্নমকসিদা অমত্ত ওইবা মীৎয়েং থম্বা মীবু পণ্ডিতনি খণগদবনি। মরম অসিনা ব্যবহার তৌবা মতমদা খেন্নবা শীজিন্নবসু পুক্নীং লৈতানা থম্বা মীনা বিচারগী মীৎয়ে দা যেংহুনা লেঙলি পাল্লিবা স সার পূম্নমকসিবু অমত্ত ওইবা ব্রহ্মমক্লি হায়বসি লেপকদবনি। মদুম্না তৌবা ঙম্নবতদা পুন্সি মহৈ যানবা ঙমগনি। ৮।

মতৌ অসুম্না মফম পূম্নমক্তা অমসু পোৎ খুদিংমক্তা ব্রহ্মমক্তবু য়ে হুনা ( উহুনা ) মশামকপুসু ব্রহ্মমক্লি লেপ্লগা লৈবা মী শিং হুগী কৈবল্য মুক্তি ওইবদা নত্তনা হিংলিঙৈগী মতমদসু জীবন্মুক্তি ওই হায়বসি হৌজিক নী থিনা তাক্লি। নত্রগা সত্ত্বগুণ লৈবা রজোগুণ লৈবা অমসুং তমোগুণ লৈবা জীবশিংদা অচৌ অপীক খায়দনা চপ মান্নবা যেংহুনা লৈবসি চুমদে, মরমদি মতিক মগুণগী মতুং ইন্না অচৌ অপীক খায়দনা মী পূম্নমক্তী পুজানচিংবা তৌহুনা লৈরবদি তৌরিবা মী অদুদা দোষ অমসুং পাপ ওই। গৌতম ঋষিনসু কনাগী চাক চাবা শৌনৈ অদুগা কনাগী চাক চাবা হৌনদে হায়বসি বিচার তৌবগী মতাংদা অসুম্না হাযরি— **সমাঽসমাভ্যাং বিষমসগে পুজাতো ধনাদ্ধর্ম্মাচ্চ হীযতে**" ( গৌতম স্মৃতি ১৭।২ )—'মতীক মগুণ চপ মান্নবা মী শিংগী অচৌ পীশক নাইনা খেন্নবা পুজা তৌবদগী মতীক মগুণ চপ মান্নদবা মী শিংগী খেন্নদবা চপ মান্নবা পূজা তৌবদগী তৌরিবা মীহুগী লল-থুম অমসু ধর্ম্ম মাঙই।' মরম অসিনা ব্রাহ্মণ চাণ্ডালনচিংবদা চপ মান্নবা য়েংবা মী করম্না পণ্ডিত ওইগনি হায়না চিংনরবদা মদুগী পাউখুম ওইনা শ্রীভগবান্না অসুম্না তাক্লি—

> ইহৈব তৈর্জিত সর্গো যেষাং সাম্যে স্থিতং মন ।
> নির্দোষং হি সমং ব্রহ্ম তস্মাদ ব্রহ্মণি তে স্থিতা ॥ ১৯॥

**অন্বয ব্যাখ্যা** — যেষাং =মী শিংহুগী, মনঃ=পুক্নীং (রাখল) সাম্যে=অচৌ অপীক নাইনা লৈরিবা জীব পূম্নমক্তা লৈবা ব্রহ্মগী চপ মান্নবা মওঙ অদুদা, স্থিত =লেঙদনা লেপ্তুংনা লৈ,

তৈ = অদুগুম্বা পণ্ডিত ওইবা মী শিংদুনা, ইহ এব = হিংদুনা লৈরিবৈ মতম অসিমক্তদা সর্গ জিত — সংসার অসিবু জয় তৌরে ( সংসারসিদগী লাম্থোক্লে ), হি = মরমদি নির্দোষ — দোষ করিমত্ত লৈতবা সম = মওঙ ওম্থোক্তনা মতম পুম্নমক্তা চপ মান্নবা লৈবা ব্রহ্ম — অনীশুবা লৈতবা ব্রহ্মনি তস্মাৎ = মরম অসিদগী তে — জীব পুম্নমক্তা ব্রহ্মবু চপ মান্নবা য়েংবা ( উবা ) মখোয়শিং দু ব্রহ্মণি = অমত্ত ওইবা লৈবা ব্রহ্ম অদুতদা স্থিতা = লেঙদবা লৈ। ১৯ ॥

**অপূনবা অর্থ ঃ**— মী শিংদুগী মন জীব পুম্নমক্তা চপ মান্নবা লৈবা ব্রহ্মগী মওঙদা লেঙদবা লৈ অদুগুম্বা মখোযশিংদুনা হি লিবৈ গতম অসিমক্তদা সংসারদগী লাম্থোক্লে, মরমদি দোষ করিমত্ত লৈতবা অমস্তু অমত্ত ওইদুনা লেঙদনা চপ মান্নবা লৈবা ব্রহ্মনি মরম অসিদগী জীব পুম্নমক্তা ব্রহ্মবু চপ মান্নবা য়েংবা মী শিংদু ব্রহ্মদা লেঙদবা লৈ। ১৯ ॥

## অথুপ্পা বা

লেঙলি-পাল্লিবা অমস্তু, মযাম ওইবা লৈবা তাইবংপানসিদা অমত্ত ওইবা লেঙদবা চপ মান্নবা লৈবা ব্রহ্মবু য়েংবসি ( উবসি ) অৱাযবা ৱা নত্তে কনা কনাগুম্বা লাইবক ফবা মীতনা অস্নুম্না তৌবা ঙমগনি। অদুমক ওইদুনস্তু লৌশিং তাবা অমস্তু, মশক খঙনী দুনা মশাগী কান্নবা তৌবা মী শিংনা পুক্নীং যাম্না তপ না বিচার তৌদুনা হোৎনৱবদি পোৎ পুম্নমক্তা ব্রহ্মবু উবা অমস্তু য়েংবা ঙমগনি। লম্বী অসিদা চংনবা উপাযদি বিচার নত্তনা অতোপ্পা অমা লৈতে। থ্বায়দগী অহানবদদি থৱায়পানবা পুম্নমকসিবু মশামক্তা চপ মান্নবা য়েংনবা হোৎনগদবনি অমস্তু, পুক্নীংদা মসি খনগদবনি—"ঐনা নুংঙাইবা পাম্বগুম অমস্তু, অৱাবা থাদোক্নীংবগুম অতোপ্পা থৱায়পানবশিংস্তু পাম্লিবনি অমস্তু, থাদোক্নীংলিবনি অতোপ্পগী অয়াকপা ৱা তারগা ঐনা নুংঙাইতবগুম্না অতোপ্পনস্তু নুংঙাই-তবনি। মরম অসিনা অতোপ্পগী মফমদা অযাকপা অকনবা ৱা ঙাওলোইদবনি অদুগা অথুম্বা ৱা তারগা ঐনা হৱাওবগুম্না অতোপ্পনস্তু হৱাওরিবনি। মরম অসিনা ঐনা অতোপ্পগী মফমদা অথুম্বা নুংশিবা ৱাদবু হায়গদবনি।" মতৌ অস্নুম্না মখল মখা যাম্না খন্দুনা মশাগা য়েংন-য়েংননা ( চাংদম চাংদম্নবা ) অতোপ্পগী মফমদা লমচৎ চৎপা হৌরক্লবদি য়াম্না থুনমক থৱায়পাংবা পুম্নমকপু মশামক্তি খঙবা ঙম্লকনি, মদুদগী অমত্ত ওইবা চপ মান্নবা লৈবা ব্রহ্ম নত্তবা অতোপ্পা জীব অমা লৈতে হায়বসি লেপ্পা ঙমগনি। মতৌ অস্নুম্না অভ্যাস তৌবা মী যোগীনি হায়বসি ভগবান্না মতুংদা অস্নুম্না তাক্লনি—

> আত্মৌপম্যেন সর্ব্বত্র সমং পশ্যতি যোঽর্জ্জুন।
> সুখং বা যদি বা দুঃখং স যোগী পরমো মত.॥ (৬/৩২)

"হে অর্জুন! মী অদুনা জীব পুম্নমক্তা মশাগা চপ মান্নবা য়েংই অমস্তু, নুংঙাইবা নত্রগা অৱাবগী হীরমদস্তু চপ মান্নবা য়েংই। অদুগুম্বা মহাক অদু অথোইবা যোগীনি হায়বসি খঙগদবনি।"

মরম অসিনা অস্মুনা তৌবা অভ্যাস অসি মপূং ফারবদা মী অদুনা মঙোন্দগী অতোপ্পা নত্তবা ব্রহ্মমক্তবু য়েংলু য়েংলুবা মফমদা উরক্তনি, মঙোন্দগী অতোপ্পা অমা উরোই, মহূদগী মনদা সংস্কার ওইনা লৈরিবা সংসারগী ভাবনা অদুসু লায়না চংথোকখিগনি। মসিবুসু অস্মুনা তাক্লি—

সর্ব্বত্র সর্ব্বত সর্ব্বং ব্রহ্মমাত্রাবলোকনম্।
সদ্ভাব ভাবনাদাঢ্যাদ্বাসনা লযমশ্নুতে॥ (অ উ ২৩)

"মফম পুম্নমক্তা পূমওই ওইনা পুম্নমকপু ব্রহ্মমক্তি য়েংগদবনি। মতৌ অস্মুনা ব্রহ্মমক্তা লৈ হায়বা বাখল কনা্ল্লিকপদগী পুক্নীংদা লৈবা সংসারগী অপাম্বা ভাবনা অদু চংথোকখিগনি।"

মসিদগী মীনা মসি ঐগীনি অদুগা মসিদি অতোপ্পগীনি হায়না খনবা থাদোকখিবদগী মীচঙ মীখায নাইবা তৌরক্লোই। মীচঙ মীখায় ন'ইত্রবদি মহাক দোষ অমত্ত লৈতবা (নির্দোষ) ব্রহ্মগী মশক ওইনা চপ মান্নবা লৈগনি। অদুগা দোষ অসিসু অতোপ্পদগী লাকপা অমসুং হৌনশা ওইনা লৈবা খেন্নবদগী অনীথোক্লা খাযবা য়াই। গঙ্গাগী ঈশি দোষ লৈতবা ওইরবসু ফত্তবা ঈশিংগা তিন্নবদগী দোষ লৈবা ওই অদুগা থী যূংনচি বসিদি হৌনশা ওইনা দোষ লৈবা পোংনি। মহূদা মফম পুম্নমক্তা চপ মান্নবা লৈবা অমসু হৌনশা ওইনা দোষ করিমত্ত লৈতবা ব্রহ্মগী মশক ওইবা আত্মাদা অতোনবা চাণ্ডাল হূইনচি বগী হকচা গা লোয়নবা শম্নবগুম তৌবদগী দোষ লৈ হায়না অপঙবা অজ্ঞানী ওইবা মী শিংনা খঙনরিবনি। অশে বমক্তি মহাক কনা অমত্তগা লোয়নবা শম্নদে। মসিবুসু শ্রুতিনা অস্মুনা তাক্লি—"অসঙ্গো হ্যয়ং পুরুষ" (বৃ উ ৪/৩/১৫) "হকচাংগী মশক ওইবা কোন্নুংসিদা লৈবা আত্মাসি কনামত্তগা শম্নদে। "সূর্য্যো যথা সর্ব্বলোকস্য চক্ষুর্ন লিপ্যতে চাক্ষুষৈর্বাহ্যদোষৈঃ। একস্তথা সর্ব্বভূতান্তরাত্মা ন লিপ্যতে লোকদুঃখেন বাহ্যঃ। (কঠ ২।৫।১১)—"থরায় পানবা পুম্নমক্কী মীৎ ওইদুনা লৈরিবা নুমিৎ, মী কী মপাম্মো গী দোষ শিংদগী করিমত্ত শম্নদে মতৌ অদুগুমদুনা থরাং পানবা পুম্নমক্কী অমত্ত ওইনা লৈরবা অন্তরাত্মা মীগী অরা নুংঙাইনচি বা দোষশিংগা করিমত্ত শম্নদে মহাক্তি মতম পুম্নমক্তা তোঙান্না তোপ-তোপ না লৈরিবনি। অদুগা মাদি নিগুণ (গুণ লৈতবা) ওইবা মরমদগী অপাম মীহোনচিংবা লৈতনা লেঙ ওৎপা তৌদনা চপ মান্নবা লৈবদগী মঙোন্দা হৌনশা ওইনা দোষ লৈতবনি। মীনা মঙোন্দা উরিবা অমসুং খঙলিবা অপাম মিংৌ, অরা নুংঙাইনচিংবা পুম্নমক অদুদি মন গী ঙাক্তনি, মাগী নত্তে, অজ্ঞান্না মরম ওইদুনা থোরী মকক্তা করিমত্ত শম্নদনা লিল উবগুম্না অমসুং খঙবগুম্না মঙোন্দসু করিমত্ত শম্নদনা মন-গী ধর্ম্ম অপাম মিংৌনচিংববু অপঙবা মীনা উবনি অমসুং খঙবনি। মরম অসিনা অসিগুম্বা ব্রহ্মবু মশামক্লী লেপ্পগা খঙবা মী অদু সংসারসিদগী লাম্মোক্তনা জীবন্মুক্ত ওইংনা লৈ অদুগা প্রারব্ধ লোইবমক্তদা কৈবল্য মোক্ষ ফংদুনা মাগী অশেবা মশক ব্রহ্ম ওইদুনা লৈ। মসিবু শ্রুতিনসু অস্মুনা তাক্ল—"তস্য তাবদেব চিরং যাবন্ন বিমোক্ষ্যেহথ সম্পৎস্যে" (ছা° উ ৬।১৪।২)—"জ্ঞানী অদুগী কৈবল্য মোক্ষ ফংবদা প্রারব্ধকর্ম্ম লোইদ্রিকাওবগী মতম অদু ফাওবদা থীল্লী, মহূ লোইবমক্তদা মহাক ব্রহ্মদা তিল্লী।"

অহুগা গৌতম স্মৃতিবু লৌদুনা চিংনখিবা অহুদি মশাবু কর্ত্তা ( অতৌবনি ) অমসু, ভোক্তা ( মহৈ চাবনি ) খঙদুনা লৈবা অজ্ঞানীশিংগীদমক্তনি জ্ঞানীশিংগী নত্তে। মশাবু কর্তা অমসু, ভোক্তানি খঙহন্না লৈরিবা মতম অহুকীমথৈ মখোয়দা পাপ-পুণ্যনচিংবসু লৈগদবনি। মসিবু বায়ু-পুরাণদসু দধিচিনা দক্ষপ্রজাপতি মফমদা অসুম্না হায়রি—

অপূজ্যপূজনে চৈব পূজ্যানাং চাপ্যপূজনে।
নরং পাপমবাপ্নোতি মহদ্বৈ নাত্র সংশযং॥

( উপোদ ঘাতপাদ ৩ ।১ ৩)

"পূজা তৌবদা মতীক চাদবা মীগী পূজা তৌবা অমসু পূজা তৌবদা মতীক চাবা মীগী পূজা তৌদবা অনীসিদগী পাপ য়াম্না ফংই হায়বসিদা কৰিমত্ত চিংনকম লৈতে।" মরম অসিনা ব্যবহার তৌহনা মশাবু কর্ত্তা অমসু, ভোক্তানী খঙলিবা মী শিংগী মরমদা অচৌ-অপীক খাযদনা পুজানচিংবা তৌবদ, পাপ ওইরবসু জ্ঞানী ওইবা মীনা ব্যবহারগী মীৎয়েং থাদোক্লগা ব্রাহ্মণ চাণ্ডালনচিংবগী হকচা শিংদা লৈরিবা ব্রহ্মবু শীনথুংনা চপ মান্ননা লৈ হায়না য়েংবদা ( উবদা ) অমসু, খঙবদা দোষ করিসু লৈতে। ১৯॥

দোষ অমত্ত লৈতনা শীনথুংনা অমসু, চপ মান্ননা লৈবা ব্রহ্মবু মশামক্তী খঙবা মীনা হিংলিভৈদা করম্না লৈ হায়বসি তাক্লি—

ন প্রহৃষ্যেৎ প্রিযং প্রাপ্য নোদ্বিজেৎ প্রাপ্যচাহপ্রিযম্।
স্থিরবুদ্ধিরসংমূঢো ব্রহ্মবিদ ব্রহ্মণি স্থিত॥ ২০॥

অন্বয় ব্যাখ্যা —ব্রহ্মণি স্থিত =আত্মাগী মশক ওইবা ব্রহ্মদা লেপ্পুনা লৈবা, স্থিরবুদ্ধি — মরম অসিদগী মশাবু ব্রহ্মনি হায়বসিদা চিংনবা লৈতবা ৱাখল থম্বা অসংমূঢ=সংসারগী পোৎশিংনা শুমহৎপা লৈত্রবা, ব্রহ্মবিৎ—ব্রহ্মবু খঙবা মী প্রিযংপ্রাপ্য=অপাম্বা পোৎ ফংলগা, ন প্রহৃষ্যেৎ= নুরাওবসু তৌদে নুংঙাইবসু তৌদে, চ=অহুগা, অপ্রিয প্রাপ্য=পামদবা পোৎ ফংলগা, ন উদ্বিজেৎ=পুক্নীং লাঙতক্নদে ( নুংঙাইতবা তৌদে )॥ ২॥

অপূনবা অর্থ ৹— আত্মাগী মশক ওইবা ব্রহ্মদা লেঙদনা লেপ্পুনা লৈরবা, মশামকপু এহ্মনী হায়বসিদা চিংনবা লৈতবা ৱাখল থম্বা অমসু, সংসারগী পোৎশিংনা শুমহৎপা লৈত্রবা অসিগুম্বা ব্রহ্ম খঙবা মীনা অপাম্বা ফজবা পোৎ ফংলগা হেন্না হরাওদে, অহুগা পামদবা পোৎ ফংলগা পুক্নীং নুংঙাইতহনা লাঙতক্নবা তৌদে॥ ২ ॥

## অথূপ্পা বা

শ্রীভগবান্না শ্লোক অসিদা জ্ঞানী ওইবা মীনা করম্না লৈ হায়বসি তাকপা মরমদগী "ন প্রহৃষতি' হায়বদি "হরাওদে অহুগা "নোদ্বিজতি" হায়বদি 'পুক্নীং লাঙতক্নদে" অসুম্না হায়রমগদবনি। অহুবু মহুগী মহুত্তা "ন প্রহৃষ্যেৎ"—হরাওরোইদবনি, "নোদ্বিজেৎ '—পুক্নীং

লাওতকুৱোইদবনি অস্মুম্না হায়রি। মসিগী মরমদি— ব্রহ্মবু মশামক্তি খংবা অমসুং সংসারগী পোৎশিংবু মাযানি লেপ্লবা জ্ঞানীনা অপাম পামদা পোৎশিং ফংবদা হরাও নুংঙাইতবা থাদোক্কুনা লৈবসিদি হৌনশানি মহুগীদমক মফম অসিদা অমুক হন্না হায়বদা থোইনা কান্নফম লৈতে। অদুবু সাধক ওইবা মীনস্ম ব্রহ্মবু মশামক্তি খঙনবা হেৎনবদা করম তৌনা লৈবা হৌনৈ হায়বসি তাক্নে হায়বগীদমক ভগবান্না "ন প্রহৃষ্যেৎ নোদ্বিজেৎ — 'হরাওরোইদবনি—পুক্নী লাওতক নরোইদবনি হায়না তাকপনি। জ্ঞানীগী পৌনা ওইবা ফীবম অমসুং লমচৎ সাধক ওইবা মীগী সাধন ওই। জ্ঞানীগী মতৌ তমদুনা চৎলবদি সাধক অদুনা যাম্না থুনা মহৈ ফংদুনা জ্ঞানী ওইবা ঙমগনি। জ্ঞান লৈতবা মীনা সংসারগী পোৎশিংবু অচুম্বনি অমসুং অশেংবনি খন্দুনা অপাম্বা ফংলগা যাম্না হরাওই, অদুগা পামদবা পোৎ ফংলগা পুক্নী যাম্না লাওতক্লনা লৈ মসিগুম্বা ফীবম অসিবু থাদোক্কুনা জ্ঞানীনা পুকচেল অমত্ত ওইনা লৈবগী মতৌগুম্না সাধক ওইব মীনস্ম অপাম-পামদা পোৎশিং ফংবদা পুকচেল অমত্ত ওইনা লৈনবা হোৎনগদবনি। অদু তৌনা লৈবা ঙমলক্লবদি মশামকপু ব্রহ্মনি খঙবদা থীল্লোই। মরম অসিনা উপনিষৎশিংদ অস্মুম্না হায়রি— 'মনসো বিজয়ান্নান্যা গতিরস্তি ভবার্ণবে। (ম উ ৫।৭৬)— সংসা সমদ্রু অসিদা মনবু ফাজিন্দুনা থমবা নত্তনা অতোপ্পা উপায় অমা লৈতে। অস্য সংসার বৃক্ষস্য মনো মূলমিদং স্থিতম্। সংসারগী মশক উপাম্বী অসিগী মরু ওইনা মন অসি লৈরিবনি "উদ্বেগানন্দরহিত সমযা স্বচ্ছয়া ধিয়া। ন শোচতি ন চোদেতি স জীবন্মুক্ত উচ্যতে। (ম উ ২।৫৭)— 'পোৎ পূম্নমক্না চপ মান্ননা থমলিবা অশেংবা বাখলনা পুক্নী লাওতক্লু অমসুং হরাওবা লৈতবা মী অদু অপাম্বা পোৎ খাইনবদগী পুক্নী নুংশিবা তৌদে অমসুং অপা পোৎ ফংবদগী পুক্নী মকালাম্বা তৌদে অসিগুম্বা মীবু হিংনা হিংনা মুক্তি ফংলবা কৌই। ম অসিনা সাধক ওইবা মীনা জ্ঞানীগী মতৌ তমদুনা মখোযগী লমচৎশিংদুবু চৎলগা মোক্ষ ফং হোৎনগদবনি॥ ২ ॥

মপীং লাকওমদ্রবা মপোকশিংদগী হৌদুনা হৌজিক ফাওবা মপাম্থোংগী নুংঙাইবতবু পাম লৈরিবা মন (পুক্নী) অসিবু করম তৌনা ব্রহ্মগী মশক ওইবা নুংঙাইবদু ফংননবা হোৎনহনবা য়া হায়না চিংনরবদা মপাম্থোংগী নুংঙাইবসিদি ব্রহ্মগী নুংঙাইবা অদুগা য়েংনবদা করিস্মু লৈ অমনি মবম অসিনা মপাম্থোংগী পোৎশিংদা অপাম্বা থাদোক্কুনা হোৎনরবদি লেঙদবা নুংঙা ফংগনি হায়বসি শৌজিক ভগবান্না তাকলি—

বাহ্যস্পর্শেষ্বসক্তাত্মা বিন্দত্যাত্মনি যৎসুখম।
স ব্রহ্মযোগযুক্তাত্মা সুখমক্ষয়মশ্নুতে ॥ ২১ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — বাহ্যস্পর্শেষু=মীৎ নাকোং নচিংবনা লৌরিবা মপাম্থোংগী মশক খোঙেনচি বদা অসক্তাত্মা=অপাম্বা লৈতবা মন (পুক্নী) মাগী ওইবা মীদুনা, আত্মনি=ম

য সুখং=সত্ত্বগুণদগী ওইরকপা নুংঙাইবহুবু বিন্দতি=ফংই ব্রহ্মযোগযুক্তাত্মা—মতৌ অসুম্না পরমব্রহ্মদা সমাধি তৌহুনা (থিংজিন্দুনা) লৈবা মন মাগী ওইবা, স=গী মহাক্না, অক্ষয়ং—অমাঙ-অতা লৈতবা সুখম=ব্রহ্মগী মশক ওইবা নুংঙাইবহুবু অশ্নুতে—চাষ (পুক্নীংদা শ শঙনা ফংই) ॥২১॥

**অপুনবা অর্থ**ঃ— মীং নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংনা লৌরিবা মশক মওঙ থোজেন্নচিংবদা অপাম্বা লৈতবা মী অহনা পুক্নীংদা সত্ত্বগুণদগী ওইবা নুংঙাইবহ ফংই। মতৌ অসুম্না পরব্রহ্মদা পক্নী থিংজিন্দুনা থম্লিবা মী মহাক্না অমাঙ অতা লৈতবা ব্রহ্মগী মশক ওইবা নুংঙাইবহুবু শ শঙনা ফংই ॥২১॥

## অথূপ্পা ৰা

সংসারসিগী জীব পূম্নমক্না হৌনশা ওইনা অহানবদা নুংঙাইতবা ফ খিবা হীরম পূম্নমকপু থাদোক্নীংই অমসুং থাদোক্নবা হোৎনৈ অহগা নুংঙাইবা ফংখিবা হীরম পূম্নমকপু ফংনীংই অমসুং ফ ননবা হোৎনৈ। অহুবু ব্রহ্মগী মশক ওইবা নু ঙাইবহুবুদি মখোযনা হৌজিক ফাওবা পুক্নী দা য দ্রি (ফাওদ্রি)। মরম অসিনা মহ ফংননবা হোৎননীংদে, সূপ্না মপান্থোংগী হীরমশিংদগী ফংবা নু ঙাইবা অহুতবু ফংনীংহুনা মহ ফংনবা হোৎনবদা অহিং নু থিল নাইদনা পূক্নী থি জিন্দুনা লৈ, মহুবু মখোযনা অৱাবা যাম্না যানশিন্দুনা লৈবা অমসুং মতম খরগীদা ওইবা নু ঙাইবনি হায়বসিগী মবমদা কদৌঙৈদসু বিচার তৌদে। কনাগুম্বা মীনা বিচারসি তৌরক্নুনা সংসারগী পোৎশি দা অপাম্বা থাদোক্নগা লেঙদনা লৈবা নুংঙাইবগী মশক ওইবা ব্রহ্মদা পূক্নীং থিংজিল্লক্লবদি নুংঙাইবহ যংবা ঙম্লকই। অবাবা মচেং অমত্ত যাওদবা অমসুং লেঙদনা লৈবা ব্রহ্মগী নু ঙাইবহুবু মখোযনা অহানবদা পূক্নীংদা খঙদবা মরম্না মহ পাম্নংবা তৌদে হাযবসু য়াংদ। মরমদি তূমখুন হুন্না তূম্বা মতমদা মখোযনা নুমিৎ খুদিংগী অবাবা মচেৎ অমত্ত যাওদবা ব্রহ্মগী নুংঙাইবা অহুবু যংহুনা লৈ। মরম অসিনা মীকপ থোক্নবা মতুংদা "ঐ যাম্না নুংঙাইনা তুম্লম্মী" হায়বসি মী খদীংমক্না হায়নৈ। অসিগুম্বা নু ঙাইবসি মশাগী মশক ওইবা ব্রহ্মগী নুংঙাইবনি। শ্রুতিনসু মসিগী মরমদা অসুম্না হাযরি—"**সতা সোম্য তদা সম্পন্নো ভবতি, স্বমপীতো ভবতি** (ছা উ ৬/৮/১)—"তূমখুন হুন্না তূমহুনা লৈবা মতমদা জীব অসি নুংঙাইবদগী মশক ওইবা সৎ ব্রহ্মদা তিন্দুনা লৈ মতম অহুদা মহাক মশামক্কী মওঙদা লৈ।" অসিগুম্বা নু ঙাইবসিবু হৌগত্তূনা লৈবা মতমদা যংবা ঙম্নবা হোৎনগদবনি। মহুদা সংসারগী পোৎশিংদা **অপাম্বা** লৈরবদি মখোযশিংদা পুক্নীং থিংজিন্দুনা লৈবা মরম্না মশাগী মশক ওইবা **ব্রহ্মদা মন থিংজিন্দুনা** সমাধি তৌবা ঙম্মোই। মরম অসিদগী ভগবান্না মপান্থোংগী পোৎশিংদা পূক্নীং থিংজিন্দবা অমসুং অপাম্বা লৈতবা মীনা ব্রহ্মদা সমাধি তৌরগা লেঙদনা লৈবা নুংঙাইবহুবু ফংই হাযবসি তাক্লিবনি।

শ্রুতিনস্থ মসিবু অস্তুম্না হায়রি— প্রসন্নাত্মাত্মনি স্থিত্বা সুখমক্ষযমশ্নুতে" ( মৈত্রে উ ১।৬)— "পূক্নী৲ মকা লাম্না আত্মাদা পক্নী৲ লেপ্না থমজিন্দুনা সমাধি তৌবা মীনা অমাঙ অতা লৈতবা নু ঙাইবা ফ৲ই ॥ ২১ ॥

স৲সারগী পোৎশি৲গী পাম্বা থাদোকপসিদি ব্রহ্মগী মশক ওইবা নু৲ঙাইবহৃবু শ৲শঙনা ফ৲লবতদা ওইবা য়াগনি, অদুগা স৲সারগী পোৎশি৲দা অপাম্বা থাদোক্লবতদা ব্রহ্মগী মশক ওইবা নু ঙাইবহৃবু শ৲শঙনা ফ৲বা ঙমগনি। মতৌ অস্তুম্না অমনা অমগী মরম ওইনা লৈবা অনীসি করমতৌনা সিদ্ধ ওইবা য়াগনি হায়না চি৲নরবদা ব্রহ্মগী মশক ওইবা নু৲ঙাইবা ফ৲বসি স৲সারগী পোৎশি৲দা অপাম্বা থাদোকপগী মরন নত্তে, মদুগী মরমদি মখোয়শি৲ত্রদা দোষ য়ে৲ত্রনা বিচার তৌবনি হায় বসিবু অস্তুম্না তাক্লি—

যে হি স৲স্পর্শজা ভোগা দুঃখযোনয এব তে।
আদ্যন্তবন্ত কৌন্তেয ন তেষু রমতে বুধ ॥ ২২ ॥

**অন্বয ব্যাখ্যা ।**— কৌন্তেয=কুন্তীগী মচা হে অর্জুন। যে ভোগা=চাদূনা য৲বা নু ঙাইব শি৲সি, হি=লেপ্নমক স৲স্পর্শজা=মীৎ নৈযে৲নচি৲বা ইন্দ্রযশি৲গা লোয়ননা মশক মওঙ মহাও ( রূপ-রস ) নচি৲বা বিষয়শি৲গা শম্নবদগী পোকপা ঙাক্তনি তে=মখোযশি৲সি দুঃখযোনয এব=অরাবশি৲গী পোক্নফম ওইবনি আদ্যন্তবন্ত=অদুগা হৌবা লোইবা নাইবা ঙাক্তনি মরম অসিদগী বুধ=রাখল তৌদুনা লৌশি৲ ফ৲লবা মীনা তেষ=বিষযশি৲দগী ওইরকপা নু৲ঙাইবশি৲সিদা ন রমতে=পামদুনা পুক্নী৲ থি৲জিন্দে ॥ ২২ ।

**অপুনবা অর্থ** — কুন্তীগী মচা হে অর্জুন। ভোগশি সিদি ইন্দ্রিযশি৲গা লোয়ননা বিষয়শি গা শম্নবদগী পোকপা ঙাক্তনি, মখোয়শি৲সি অরাবশি৲গী পোক্নফম ওইবনি, অদুগা অহৌ অরোই নাইবা ঙাক্তনি, মরম অসিদগী অফ ফত্ত খল্লিবা লৌশি৲ তাবা মীনা মখোযশি৲দা পামদুনা পুক্নী৲ থি৲জিন্দে ॥ ২২ ।

## অহৃপ্পা রা

স৲সাররসিদা (১) রূপ ( মশক মওঙ ) (২) রস ( মহাও ), (৩) গন্ধ ( মনম ) (৪) স্পর্শ ( শোক্ল শম্নবা ) অমসুং৲ (৫) শব্দ ( খোঞ্জেল ) মঙাসি বিষযনি ( ভোগ্য ওইবা পোৎনি )। মঙাসি নত্তবা তরুকশুবা ভোগ্য বিষয অমা স৲সাররসিদা লৈতে। অদুবু মীনা পঙবা অমসুং৲ রাখল লৈতবা মরমদগী মশী৲ নাইদনা ভোগ্য বিষয় লৈ নী৲ই অমসুং৲ মখোযশি৲ অদুবু খরদ৲ ফ৲নী৲দুনা যাম্না কন্না হোৎনৈ। হায়রিবা বিষয় মঙাসিগা লোয়ননা মীৎনচি৲বা ইন্দ্রিযশি৲গা শম্নবদগী ভোগ ওই। মীৎ অমসুং৲ রূপ শম্নবদগী পুক্নী৲দা নু ঙাইবা পোক্লকপা অদু ভোগনি মতৌ অদুম্না নৈযে৲ অমসুং৲ রস, নাতোন অমসুং৲ গন্ধ, উনশা অমসুং৲ স্পর্শ অদুগা নাকো৲ অমসুং৲ শব্দ শম্নবদগী পোকপা

নুংঙাইবদু ভোগনি। হায়রিবা নুংঙাইবগী ভোগ অসিদি মীৎনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংগা লোয়নবা অপাম্বা পোৎশিংগী শম্নবদগীদি ওইরকপা বানি। মসিগী ওন্ন তৈনবা পামদবা পোৎশিংগী শম্নবদগীদি নুংঙাইতবা পোকই। অদুগা ইন্দ্রিয়শি অমসু অপাম্বা পোৎ শম্নবদগী পোক্লিবা নুংঙাইবহুস্নু মমৈথৎদা অৱাবগী মরম ওইরকই। মসিবু মৈত্রেয়গী মকমদা পরাশরনা অস্নুম্না হায়রি—

যদ যৎপ্রীতিকরং পুংসাং বস্তু মৈত্রেয জায়তে।
তদেব দুঃখবৃক্ষস্য বীজত্বমুপগচ্ছতি। ( বিষ্ণুপু ৬।৫।৫৫)

"হে মৈত্রেয়! মী-শিংগী অপেনবা পোকহল্লিবা পোৎশিংদু মতুংদা অৱাবগী মশক ওইবা উগী মরূ ওই।"

মরম অসিদগী মসি পূম্নমকপু বিচার তৌরগা নীথিনা খঙবা বিবেকীশিংনা বিষয়ভোগ অসিবু স্নুকপাম পামদে। মসিগী মরমদা যোগদর্শনদস্নু অস্নুম্না হায়রি— "পরিণাম তাপ-সংস্কার দুঃখৈর্গুণবৃত্তিবিরোধাচ্চ দুঃখমেব সর্ব্বং বিবেকিনাম্" (যো দ ২।১৫)— "পরিণাম দুখ (মঙ ওন্থরকপদগী ওইরকপা অৱাবা) তাপদুখ (কলক মীহৌবনচিংবা নুংঙাইতবদগী ওইরকপা অৱাবা), অমসুং সংস্কার দুখ (পুক্নীদা ময়ি ওইনা লৈহৌবা নুংঙাইবদু ফংদবদগী পোকপা অৱাবা) মসি পূম্নমক য়ানশিন্দুনা লৈবা মরমদগী অদুগা সত্ত্ব রজ অমসুং তমোগুণ অদুমসিগী মরমচং তিন্নদবদগী বিষয়ভোগতগী ওইবা নুংঙাইবা পূম্নমকসি অক ফত্ত নীথিনা বিচার তৌরগা খঙবা মী শিংগী মীৎযেংদা অৱাবা ঙাক্তনি।"

রাগ (পামদুনা পুক্নীং থিজিনবা) লৈতনা মীনা বিষয়ভোগ তৌদে, পামদুনা পুক্নীং চঙশিল্লবতদা বিষয়ভোগ তৌরিবনি। অদুগা পুক্নীংদা পোক্লিবা অপাম্বা অদুমক মতুংদা বিষয় ফংবদগী নুংঙাইবগী মশক্তা ওইরকই। অদুগা অপাম্বা অদু য়াম্না হেনগৎলক্লবদি অমসুং ফ নীংবা পোৎ অদু ফংদ্রবদি মহাক (অপাম্বদু) অৱাবগী মশক্তা ওন্থরকই। মতৌ অস্নুম্না অপাম্বা পোৎ ফংদুনা মদু চাবদগী (ভোগ তৌবদগী) ইন্দ্রিয়শিংনা পেনবদুবু ব্যবহারদা নুংঙাইবা কৌই, অদুগা অপাম্বা পোৎ ফংদবদগী নুংঙাইতবা অদুবু অৱাবা কৌই। অপাম্বা পোৎ ফংলবস্নু মদুদা কলক-মিহৌদুনা ইন্দ্রিয়-শিংনা পেন্দ্রবদি অপাম্বা অদু অৱাবগী মশক ওইরকই। মসিদ নত্তনা ইন্দ্রিয়শিংনা ভোগ তৌবগী অভ্যাস তৌদুনা লৈরবদি মদুদগী কদৌঙৈদস্নু পেনবা ওইরোই, অপাম্বা অদু থোইনা থোইনা হেনগৎলক্কনি। মরম অসিদগী মহারাজ যযাতিনা মসিবু দীংথিনা খঙলবা মতুংদা অস্নুম্না লাউদুনা হায়রি—

ন জাতু কামঃ কামানামুপভোগেন শাম্যতি।
হবিষা কৃষ্ণবর্ত্মেব ভূয এবাভিবর্দ্ধতে ॥ ২৩ ॥
যদা ন কুরুতে ভাবং সর্ব্বভূতেষু পাপকম্।
সমদৃষ্টেস্তদা পুংসঃ সর্ব্বাঃ সুখময়া দিশঃ ॥ ২৫ ॥

পূর্ণং বর্ষসহস্রং মে বিষয়াসক্তচেতসঃ।
তথাপ্যনুদিনং তৃষ্ণা মম তেনুপজাযতে ॥ ২৮॥
তস্মাদেতামহং ত্যক্ত্বা ব্রহ্মণ্যাধায মানসম।
নির্দ্বন্দ্বো নির্মমো ভূত্বা চরিষ্যামি মৃগৈ সহ ॥ ২৯॥
(বিষ্ণুপুরাণ অ ৪/অ ০)

"ভোগ্য বিষয়শিংগী উপভোগ তৌবদগী মখোয়গী অপাম্বহু কদোৌঙদস্মু তপথদে মহুগী ওন্ন তৈননা মৈদা শী হাপচিনবদগী মৈরি হেনগংনা চাকখংলকপগী মতৌগুম বিষযভোগ তৌবদগী মখোয়গী অপাম্বহু থোইনা থোইনা হেনগংলকই। অচং-চত্ত থব্রায পানবশি গী মফমদা চপ মাপবা মীংয়েং য়ে হুনা মখোয়গী মফমদা পাপকী বাখল থাদোক্লবা মতম অহুদা মীহুগী মাযকৈ পূম্নমকসি মুংঙাইবগী মশক ওই। ইচানিপা পুরুদগী পাখংগী শক্তি লৌদুনা ঐনা বিষয় ভোগ তৌহনা লৈবসি চহী লীশীং অমা ফাখ্রে। অহুমক ওইহুনস্মু বিষযভোগশিংহুদা ঐগী খোৗরা বসি নো ম নোংমগী হেনগংলক্কুনা লৈ। মরম অসিনা বিষয়ভোগকী খোৗরাংবসিবু থাদোক্লগা পূক্নী সিবু ব্রহ্মদা থিংজিন্দুনা থম্লগা অঙ্গ অশা অরা মুংঙাই অমস্মুং ঐগীনি হাযবসি থাদোক্কুনা উমংদা শজিনচিংবা শা শিংগা লোয়ননা কোয়হুনা লৈরগে।"

মরম অসিদগী অরাবগী মরম ওইরিবা অপাম্বদগী (রাগদগী) ওস্থরকপা বিষযগী নুংঙাই বসিস্মু অরাবগী মশকনি। মসিবু যোগ দর্শনদা পরিণাম দু খনি হায়না তাক্লি। অহুগা যেক্ল তি খ লৈতনা কনা অমত্তনা বিষযগী নুংঙাইববু ফংবা ঙমদে। মহুদা য়ৈখায় থিংগায তৌবশিংগী মফমদা শাউহুনা মখোযগী মাঙনবা তৌবহু পাপ ওইবা মরমদগী বিষয়গী মুংঙাইবগা লোযন লোয়ননা অরাবা য়ানশিন্দুনা লৈবহু তাপহ্ খনি। অহুগা অহানবদা ফংলিবা মুংঙাইবহ্ হৌজিক ফংদ্রহ্না মহুবু নীংশিংলগা পূক্নীংদা নুংঙাইতবা পোকপহু স স্কারহু খনি মসিদ নত্তনা অংানবদা তৌখিবা পাপ পুণ্যগী মতুং ইন্না হৌজিক অরা নুংঙাই যানশিন্দুনা ফ বহুস্মু সংস্কারহু খনি। অহুগা "চস্নং গুণবৃত্তম্" হায়না সাংখ্যদর্শনদা তাকপগী মতুং ইন্না সত্ত্ব রজ অমস্মুং তম গুণ অহুমসি মতম পূম্নমক্তা অমনা অমদগী অথোই অহেন নাইনা লৈবা মরমদগী মখোয়দগী ফংবা মুংঙাইবশি হুস্মু অরা অনা য়ানশিন্দুনা লৈবা ঙাক্তনি। মরম অসিদগী মসিবু নী থিনা বিচার তৌহুনা খঙলনা মী শিংনা বিষয়ভোগ তৌবসি স্নুকপাম পামদে। মতৌ অস্মুম্না বিষয় ভোগশিংদগী মায় ওস্থোক্কুনা লৈরিবা মী শিংগীদি মৈদা শীং হাপ্তবদগী মশা মতোমদা মূংচখিবগী মতৌগুম পুক্নীংদা লৈরিবা বিষয়গী অপাম্বা অহু মূংথখি। মহুদগী মশাগী মশক ওইবা ব্রহ্মগী চিন্তম তৌহুনা লৈবা মরম্না হৌজিক হিংহুনা লৈরিঙৈগী মতম অসিদস্মু ব্রহ্মগী লেঙদবা নুংঙাইবহু ফংই অহুগা শিরবা মতুংদস্মু ব্রহ্মগী মশক ওইবা মোক্ষ ফংহুনা অরাবা মচেং অমত্ত য়াওদবা নুংঙাইবগী মশক্ত ওইহুনা লৈ ॥২২॥

জগৎসিবু ব্রহ্মগী মশক ওইবা য়েংদুনা লৈরিবা অমসুং ফাওরবা জ্ঞানীশিংনা ভোগ্য ওইবা বিষযশিংবু পামদবা ওইসনু। অদুবু মোক্ষ ফংনীলবসু অজ্ঞানী ওইদুনা লৈরিবা মীশিংনা করম তৌনা বিষয়শিংদুবু পাম্মোইদগনি? মদু পাম্নবদি অশাউবনচিবসু মখোয়দা শোয়দনা লাকনি হায়না চিংনরবদা মখোয়নসু অভ্যাস য়াম্না কন্না তৌদুনা অপাম মিহৌ, অশাউবনচিবা পুম্নমকসি মতম পুম্নমক্তা থাদোক্নবা হোৎনগদবনি, মদুতদা মখোয়না যোগী ওইদুনা নুংঙাইবদু ফংগনি হায়বসি অদুম্না তাক্লি—

**শক্নোতীহৈব যঃ সোঢ়ুং প্রাক্ শরীরবিমোক্ষণাৎ।**
**কামক্রোধোদ্ভবং বেগং স যুক্তঃ স সুখী নরঃ ॥২৩॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা।**— যঃ = মীদুনা ইহ এব = হিংদুনা লৈরিবৈগী মতম অসিমক্তদা শরীর-বিমোক্ষণাৎ প্রাক = হকচাং থাদোক্লিবৈগী মমাঙ যাওবা (শিদ্রিফাওবা), কামক্রোধোদ্ভব = অপান্বা অমসুং অশাউবদগী পোকপা, বেগং = ঈহূনবু (অকনবা ঈচেনবু) সোঢ়ুং শক্নোতি = খাঙদুনা লৈবা ঙম্মি স নর = অদুগুম্বা মীহু, যুক্ত = যোগীনি, স সুখী = মহাক নুংঙাইরবা মীনি। ২৩॥

**অপুনবা অর্থ** — মী অদুনা হিংদুনা লৈরিবৈ শিদ্রিফাওবা অপান্ন অশাউবদগী পোকপা ঈহূনবু খাঙদুনা লৈবা ঙম্মি অদুগুম্বা মীহু যোগীনি অমসুং মহাক নুংঙাইবা ফংলবা মীনি॥২৩॥

## অথুপ্পা বা

মশাগী নুংঙাইনবনি অমসুং কান্নবনি লেপ্তুনা উরিবা তারিবা অমসুং নীংশিংলিবা পোৎশিংদা মখোয়গী গ্রাশিংদু খঙলগা অপান্বা মিহৌবা, কল্লকপা খোঁরাংবা অমসুং ফংলবসু পেন্দবা অসিনচিংবা পুম্নমকসি "কাম"গী অর্থনি অদুগা মুপী নহাগা লোয়ননা তিন্নমীংবা অসিসু কামগী অর্থনি। মসিগী ওন্ন তৈননা মশাগী নুংঙাইহন্দবনি অমসুং কান্নহন্দবনি লেপ্তুনা উরিবা, তারিবা অমসুং নীংশিংলিবা পোৎশিংদা মখোয়গী দোষশিং অদু যেংলগা য়েংথিনদুনা পুক্নীংদা অশাউবা পোক্লকপা অদু "ক্রোধ"গী অর্থ অশাউবনি। অনীসি পুক্নীংদা য়াম্না কন্না লৈরবদি মীদুনা করি তৌবা হৌনৈ করি তৌবা হৌনদে হায়বসি খনবা ঙমদবদগী হিংলিবৈগী মতমদা অমসুং শিরবা মতুংদসু য়াম্না ফত্তবা মহৈ ফংগদবা থবকশিং তৌশিল্লী, মদুদগী মহাক লৈখা তাদুনা মাঙই। মরম অসিদগী কাম ক্রোধদগী লাকইবা অকনবা ঈহূনদুবু খাঙদুনা মদুবু তপথহন্নবা কন্না হোৎনগদবনি। মদু খাঙদূনা তপ থনা থম্নবা হোৎনবদা থ্বায়দগী অথোইবা উপায়দি (পাম্বৈদি) অক ফত্ত মুন্না বিচার তৌবনি। মীনা ব্যবহারগী করিগুম্বা থবক অমা তৌগে নীংলবদা মদুগী অফ ফত্ত অহানবদা নীংথিনা বিচার তৌই অদুগা মদুদগী মাঙগদবা লৈরবদি মদুবু থাদোকই অমসুং ওইজগদবা লৈরবদি মদুবু তৌই। মতৌ অদুম্না কাম ক্রোধগী মরমদসু নীংথিনা বিচার তৌগদবনি। বিচার অদুদা মখোয়দগী ওইজবা লৈত্রবদি অমসুং মাঙগদোবা ঙাক্না ওইরবদি মশাগী ফত্তবা

ওইহল্লী৲দবা মরম্না মীহুনা কাম ক্রোধবু খাঙননবা শোয়দনা হোৎনরকনি। মো৲জু থাদা কন্না চেল্লিবা তুরেলগী ঈহূনবু খাঙহুনা ঙাশি৲না মথকলোমদা চৎখৎলী মতৌ অহুম্না রাখল নী থিনা তৌহনা মশাগী কান্নবা তৌবা মী শি দি কাম ক্রোধগী কন্না চেল্লিবা ঈহূনহুবু খাঙহুনা মথক৴লাদা চৎখৎলী। মহুদগী মখোয়না নু৲ঙাইবা শোয়দনা ফ৲ই। করিগুম্বা মতমদা কামগী ঈহূনহুবু খাঙবা ঙমদ্রবস্তু ধর্ম্ম কাযদবা কামগী সেবন তৌগদবনি মহুদগী থোইনা মাঙ তাকপা লৈরোই। শ্রীভগবান মশামকুস্তু অস্থুম্না হায়রি— "ধর্ম্মাহবিরুদ্ধো ভূতেষু কামোহস্মি ভবতর্ষভ॥ (গী ৭।১১)— "থব্বাযপানবশি৲দা ঐ (কৃষ্ণ) ধর্ম্ম যে থিনদবা কামগী মশকনি।" ক্রোধবুদি (অশাউববুদি) অহানবদগী হৌনা লাক্তনবা হোৎনগদবনি করিগুম্বদা লাকপা থোক লবস্তু মহু খাঙহুনা তপথহন্নবা শোয়দনা হোৎনগনবনি ক্রোধদগী অমাঙবা নত্তনা করিগুম্বা অতো বা অমত্ত ফ৲বা য়াদে। মতৌ অস্থুম্না কাম ক্রোধবু খাঙহুনা লৈনবা হোৎনবা অসিগা লোযন লোয়ননা আত্মচিন্তনবুস্তু তৌগদবনি মহুতদা লেঙদবা নু ঙাইবা য গনি। শাস্ত্রনস্তু অস্থুম্না হায়রি— "দেহপতনপর্য্যন্তং স্বরূপানুসংধানেন বসেৎ।" (না প উপ ৭/৩)— "হকচা৲ অহুনা মাঙদ্রি যাওবা আত্মস্বরূপকী মরমদা বিচার তৌহুনা লৈগদবনি।" মসিবু অহানবদগী হৌনা হোৎনদ্রবদি কনাগুম্বা অমত্তনা অহল ওইরক্লবা মতমদা নত্রগা শিরমদাই য়োরক্লবা মতমদা আত্মা অমস্তু৲ পরমাত্মাগী চিন্তন তৌবা ঙম্মোই মহুদগী পুন্সি অরেম্বদা তাগনি।২৩।

আত্মচিন্তন তৌদনা কাম ক্রোধবু খাঙহুনা লৈরবস্তু পুন্সি নী থিনা মহৈ য়াল্লোই মহুদি মপাম্হো৲গী উপায়নি মহুগা লোযন লোযননা আত্মচিন্তনস্তু তৌহনা লৈরবাদি কৈবল্য মোক্ষ য৲হুনা পুন্সি মহৈ য়ানগনি হায়বসি তশে তশে৲না তাক্তুনা অস্থুম্না হায়রি—

যোহন্ত সুখোহন্তবারামস্তথান্তর্জ্যোতিরেব যঃ।
স যোগী ব্রহ্মনির্ব্বাণং ব্রহ্মভতোহধিগচ্ছতি॥ ২৪॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — য = মীহুনা (আত্মচিন্তন তৌবনা মরম ওইহুনা) অন্ত সুখ = মনু চন্না লৈরিবা আত্মাতদা নু৲ঙাইহুদা লৈ অন্তরারাম = আত্মাতদা পূক্নী৲ থি৲জিল্লগা শান্নহুন্না লৈ (মপান থো গী পোৎশি দা পূক্নী৲ হাপচিল্লগা শান্নবা পামদে) তথা এব = অহুগা মতৌ অহুম্নমক য = মানা অন্তজ্যোতি = আত্মাতদা জ্ঞান তৌহুনা লৈ স যোগী = অসিগুম্বা যোগী ওইবা মী মহাক অহুনা ব্রহ্মভূত = হি৲হুনা লৈরিবৈগী মতমসিদস্তু ব্রহ্মগী মশক ওইনা লৈরগা ব্রহ্মনির্ব্বাণ৲ = শিরবা মতু৲দস্তু ব্রহ্মদা তিমবগী মশক ওইবা কৈবল্য মোক্ষবু অধিগচ্ছতি = ফ৲ই।২৪॥

**অপূনবা অর্থ** — আত্মচিন্তননা মরম ওইহুনা আত্মাতদা নু৲ঙাইবা ফ৲লবা, আত্মাতদা পূক্নী৲ থি জিল্লগা শান্নহুনা লৈরবা (মপান্থো৲গী পোত্ত শান্নবা পামদবা), অমস্তু৲ আত্মাতদা বুদ্ধি (রাখল) লৈতানা থন্নবা যোগী ওইবা মীহুনা হৌজিক ব্রহ্ম ওইনা লৈরগা শিরবা মতু৲দস্তু ব্রহ্মদা তিন্দুনা লৈবগী মশক ওইবা কৈবল্য মোক্ষবু ফ৲ই॥ ২৪।

অথৃপ্পা বা

"অন্তঃ" গী অর্থ "মনু," হায়বনি অহুবু মফম অসিদা "য আত্মা সর্ব্বান্তর" (বৃ উ ৩।৫।১) —শ্রুতি অসিগী মতু, ইন্না পন্নমক্কী মনু, চন্না লৈরিবা অমত্ত ওইবা আত্মাবু অন্ত. গী অর্থ ওইনা লৌগদবনি অহুগা "জ্যোতি" গী অর্থস্সু মঙালগী মশক ওইবা জ্ঞাননি। জ্ঞানদনা অচেতন ওইবা সংসার পূম্নমকসিবু ঙাহোল্লিরবনি, জ্ঞানবুদি ঙাস্থোক্লবা অতোপ্পা পোৎ অমা লৈতে মনাক স্বয়ংজ্যোতিন (মশা মতোমদা ঙাস্থোক্লুনা লৈবা পোৎ অমনি)। মহুদস্সু এখোযগী পুক্নীংদা ওইরিবা জ্ঞানাসদি (রাখলসিদি) মথং মনাও নাইনা লাকপা বিষয় (নীরস) খেন্নবদগী থাকপা মাঙবা (শিবা) নাইবগুম ওইনা উই মখোয অহু বিষয় যাওদনা লৈবা ঙমদে। অহুবু আত্মাগী মশক ওইবা জ্ঞান অসিদি (চেতন নত্রগা চিং অসিদি) বিষয যাওদনা অমস্সু, অমাও অতা লৈতনা মতম পুমমক্তা ঙান্দনা লৈ। আত্মাগী মশক ওইবা জ্ঞানগী মঙালসিবু লৌদুনা শ্রুতিনা অস্মুন্না হাযব— "তমেব ভান্তমনুভাতি সর্ব্বং তস্য ভাসা সর্ব্বমিদং বিভাতি" (কঠ ২।২।১৫) জ্ঞানগী মনাক ওইনা ঙান্দনা লৈরিবা আত্মাসিগী মতুং ইন্দুনা পম্নমকসি ঙাল্লিবনি মাগী মঙালনা পুম্নমকসিবু ঙাহোল্লিরবনি। অসিগুম্না মঙালগী মশক ওইবা আত্মাসিবু মপাম মিহৌ অশাউবনাচংবা পূম্নমকপু থাদোক্লগা চিন্তন (মনন) তৌহুনা লৈরবদি সমাধি লৈরক্লনা মহুদনী নুংশিবা ফবা মী ওইশাযবসিবু ভগবান্না শ্লোক অসিদা "অন্ত মুখ" হাযবা থাক সিনা তাকিবনি। অস্মুন্না অন্তরাত্মাগী নুংঙাইবা ফংহুনা লৈবা মী জীবন্মুক্ত ওই (হিংনা লৈনা মুক্তি ফংহুনা লৈ)। শ্রুতিনস্সু অস্মুন্না হাযরি— "স্বাত্মানন্দং স্বয়ং ভোক্ষ্যৎ স জীবন্মুক্ত উচ্যতে" (তেজোবি উ ৪।৩১)—"মশামক্কী শক্তম ওইবা আত্মাগী নুংঙাইবহুবু হিংলিঙ্গা চাহুনা (ফংহুনা) লেবা মী জীবমুক্তনি হায়।" অস্মুন্না জীবন্মুক্ত ওইহুনা লৈবা জ্ঞানী মীরক কর্ম্মগী মতু ইন্না মপাম্মোংগী থবক ইনখাং খরদং তৌহুনা লৈববস্সু মখোযহুনা এগীনি হায়না পানবিবা তৌদ, মথৌ ওইনদা খন্দুনা তৌই মতুগা ব্যবহারদা পুক্নীং থি জিন্দুনা থবক তৌরিবা নীতিংগী কান্নবগীদমক অমস্সুং অফবা লম্বীদা মখোযবু পুরক্লবগীদমক লমজি বীবা ওইনা অফবা থবকশি তৌই অহুগা মহু পুম্নমক তৌনা তৌনা অয়াঙবা মতমদা আত্মচিন্তন তৌরগা মহুদা নুংঙাইবা ফংহুনা আত্মাগা শান্নহুনা লৈ, মহু নত্তবা পোৎশিদা অপাম মিহৌ থনহুনা শান্নদে। মসিবুস্সু শ্রুতিনা অস্মুন্না হাযরি— "আত্মরতিরাত্মক্রীড আত্মমিথুন আত্মানন্দ" (ছা উ ৭।২৫।২)— "আত্মাদা পুক্নীং থিংজনবা আত্মাদা শান্নবা আত্মাদা অনীশুবা ওইনা লেবা অমস্সুং আত্মাদা নুংঙাইবা ফংবা মী ওই।" মতৌ অস্মুন্না আত্মাতদা পেন্দুনা লৈবা মী হিংলিঙ্গা হিংনা ব্রহ্ম ওইহুনা লৈবগা শিবা মতু মক্তদা মন (অন্তঃকরণ) মাঙখিবদগী পোকপা হাশিবগী মরম লৈতবা মরমা উপাধি অমত্ত লৈতবা অমস্সুং অশেংবা ব্রহ্মদা তৌল্লি— হায়বদি কৈবল্য মোক্ষ ফংই। মসিবুস্সু শ্রুতিনা অস্মুন্না তক্লি—"ব্রহ্মৈব সন্ ব্রহ্মাপ্যেতি (বৃ উ ৪।৪।৬)— হিংলিঙৈগী মতমদা ব্রহ্মমক ওইহুনা লৈরগা শিবমক্তদা ব্রহ্ম ফংই।

অসুম্না হায়রিবা অসি জীব মশামক অজ্ঞানবদগী হৌনা ব্রহ্ম ওইদ্রবদি অমসুং ব্রহ্মদগী অতোপ্পা ওইরবদি কদোঈদদসু ব্রহ্ম ওইবা ঙম্মাই। মরম অসিনা জীবসি মশাগী মশক খণ্ডদবগী মশক ওইবা অজ্ঞান্না মবম ওইদুনা অন্ত করণ উপাধি লৈবদগী তোপ্পা ব্রহ্মদগী উবতনি অশে বমক্তি মহাক ব্রহ্মমক্তি অতোপ্পা নত্তে। মরম অসিদগী জীবগী অশেবা মশক করিনো হায়বসি বিচার তৌবা মতমদা কাশকৃৎস্ন কৌবা অচার্যগী মত লৌদুনা বেদান্তদর্শনদা অসুম্না হায়রি— "অবস্থিতেরিতি কাশকৃৎস্নঃ (বে দ ১/৪ ১)—মসিগী অর্থাদ "অনেন জীবেনাত্মনানুপ্রবিশ্য নামরূপে ব্যাকরবাণি (ছা উ ৬/৩/২)— জীবসিগী মশক ওইনা ঐ (পরমাত্মা) শেম্লিবা হুকচা শি সিদা চঙলগা মি, মশক মওঙনচিংবা শব্দোক্তে অসুম্না লেপ্পুনা পরমাত্মা জীব ওইনা লৈবা মরমদগী জীবগী অশেংবা মশক পরমাত্মামকনি হায়বসি কাশকৃৎস্ন কৌবা আচার্যগী মতনি। মসি বেদান্তগী লেঙদবা সিদ্ধান্তনি। মরম অসিনা অন্ত করণ উপাধিনা মরম ওইদুনা জীবাত্মা পরমাত্মাদগী তোপ্পা উই অমসুং খণ্ডৈ উপাধি লৈত্রবদি জীবাত্মা ব্রহ্মমকনি। মসিবু শ্রীভগবান্নসু শ্লোকসিদা— "ব্রহ্মনির্ব্বাণং ব্রহ্মভূতোঽধিগচ্ছতি অসুম্না হায়রিবান।২৪।

মুক্তি ফংনবগী মরম ওইবা জ্ঞানসিবু ফংনবা অতোপ অতোপ্পা উপায়শিংবুসু শ্রীভগবান্না অসুম্না তাক্রি—

লভন্তে ব্রহ্মনির্ব্বাণমৃষয়ঃ ক্ষীণকল্মষাঃ।
ছিন্নদ্বৈধা যতাত্মানঃ সর্ব্বভূতহিতে রতাঃ।২৫।

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — ক্ষীণকল্মষা — নিষ্কামকর্ম্ম অমসুং উপাসনা তৌবদগী পাপ কোকপ্রবা ঋষয় =মতুদগী (পাপ কোকখিবদগী) পুক্নীং শেংদুনা অকুপ্পা অমসুং অথুপ্পা তত্ত্ববু নীংথিনা বিচার তৌবা ঙম্লবা ছিন্নদ্বৈধা — মতুদগী (অকুপ্পা তত্ত্বগী বিচার তৌবদগী) চিংনবা পুম্নমক লৈত্রবা যতাত্মন =মতুদগী (তত্ত্বগী মরমদা চিংনবা লেতবদগী) নিদিধ্যাসন তৌদুনা (তত্ত্ব অংদা ধ্যান সমাধিগী অভ্যাস তৌদুনা) পুক্নী ফাজিল্লবা (থরায়পানবা পুম্নমক্কী মনুংদা অমত্ত ওইনা লৈরিবা পরমাত্মাদা পুক্নী থিংজিল্লবা) সর্ব্বভূতহিতে রতা — মতুদগী পুম্নমক্কী অমঙ ওইনা লৈবা আত্মাবু খঙবদগী অন্ত করণ উপাধিনা মরম ওইদুনা খেন্নবগুম তৌদুনা লৈবা জীব পুম্নমক্কী কান্নবা হোৎনরিবা মখোয়শিং অদুনা ব্রহ্মনির্ব্বাণং লভন্তে ব্রহ্মগী মশক ওইবা কৈবল্য মোক্ষ (অরান খুবম) ফংই।২৫।

**অপুনবা অর্থ** — মহৈ পামদবা কর্ম্মনচিংবা তৌবদগী পাপ কোকপ্রবা, অথুপ্পা তত্ত্ববু বিচার তৌদুনা নীংথিনা খঙলবা, চিংনবা পুম্নমক লৈত্রবা, অমত্ত ওইবা পরমাত্মতত্ত্বদা পুক্নীং ফাজিন্দুনা থম্লবা অমসুং থরায়পানবা পুম্নমকপু মশাদগী খেন্নদবনি খঙদুনা মখোয়গী কান্নবা তৌবদা পুক্নী চঙলিবা মখোয়শিংদুনা ব্রহ্মদা তিনবগী মোক্ষ ওইবা অরান খুবম ফংই।২৫।

**অথুপ্পা বা**

পুক্নী়ং শেংদবা অমস্তং তপংথদবা মীনা পরমাত্মাগী মশক ওইনা অমত্ত ওইবা আত্মাসিবু নীংথিনা খঙবা ঙমদে। পুক্নী়ং শেংদবগী মরমদি পুক্নী দা পাপ লৈবনি। পাপ কোকুবা উপায়দি (পাপ্নেদি) মহৈ পামদনা কর্ম্মশিংবু ঈশ্বরদা কংথোক্কুনা তৌবনি। শ্রুতিনস্থ অস্মুম্না তাক্লি— "ধর্ম্মেণ পাপমপনুদাতে" (ঐ আ ৩।১।৭)— "পুণ্য কর্ম্ম তৌবদগী পাপ কোকই।" অদুগা পুক্নী়ংবু লেংঙদনা অমস্তং তপথনা থম্নবগীদমক মতুগা লোযন লোয়ননা ঈশ্বরগী উপাসনাস্থ তৌদুনা লৈগদবনি। মহৃদগী আত্মাগী অশেংবা জ্ঞান ফংবদা থীনবা লৈরোই। মসিবু মন্নুনা ণুদমগা লোযননা ব্র স্পতিগী মফমদা অস্মুম্না তাক্লি—

জ্ঞানমুৎপদ্যাতে পুংসাং ক্ষয়াৎ পাপস্য কর্ম্মণ।
যথাহহদর্শতলে প্রখ্যে পশ্যত্যাত্মানমাত্মনি।
(মহাভা শান্তি ২ ৪।৮)

"পাপকর্ম্ম মাংবদগী মী শিংগী পুক্নী দা জ্ঞান পোকই মহৃদগী অশেংবা মুংশেলদা তশেং তশেংনা ম উবগী মতৌগুম্না অশেংবা পুক্নী দা (মনদা) মীনা আত্মাবু উই।" মরম অসিদগী শ্রীভগবান্নস্থ মফমসিদা "ঋষয় ক্ষীণকল্মষাং" হায়রিবনি। মতৌ অস্মুম্না অন্নপূর্ণোপনিষত্তস্থ পাপ কোক্লবদা আত্মাবু শংশঙনা খঙবা ঙম্মি হায়বসি অস্মুম্ন তাক্লি—

স্বশবীবে স্বয়ংজ্যোতিং স্বরূপং সর্ব্বসাক্ষিণম্।
ক্ষীণদোষাঃ প্রপশ্যন্তি নেতবে মাযযাহহবৃতা॥
(৪।৩৬)

"পাপকী মশক ওইবা দোষ লৈত্রবা মীনা মশা মশাগী হকচাংশিংদা মশামক মঙালগী মশক ওইনা লৈরিবা অমস্তং পুম্নমকপু সাক্ষী ওইনা খঙলিবা আত্মাবু নীংথিনা উই অদুগা মায়ানা পনা লৈরিবা মী শিংনদি মহ উবা ঙমদে।"

অসিগুম্না আত্মতত্ত্বসিবু উরবা মীহৃগীদি চিংনবন চংবা পুম্নমকস্থ কোকই হায়বসিবুস্থ শ্রুতিনা অস্মুম্না হায়রি—

ভিদ্যতে হৃদযগ্রন্থিশ্ছিদ্যন্তে সর্ব্বসংশবাঃ।
ক্ষীযন্তে চাস্য কর্ম্মাণি তস্মিন্ দৃষ্টে পবাহববে॥
(মু উ ২।২।৮)

"মায়া অমস্তং অন্ত করণ উপাধিনা মরম ওইদুনা পর অমস্তং অবর (ঈশ্বর অমস্তং জীব) ওইনা লৈরিবা পরমাত্মা পরব্রহ্মদুবু শংশঙনা মশামক্লি খঙলবা মীহৃগী হৃদয়গী কিশি নাম্নোকই অচেতন ওইবা অন্ত করণ অমস্তং চেতন আত্মাবু অমত্ত ওইনা খঙলম্বা অহ কোকই), মশাগী মশক খঙদহুনা চিংনবা লৈরম্বা পুম্নমকহুস্থ কোকথোকই, অংগা ম না অহানবদা তৌখিবা কর্ম্ম পুম্নমকস্থ মাঙখি।

মতৌ অসুম্না কর্ত্তা অমসুং ভোক্তা ওইবা মশাগী অশেংবা মশক খঙবদগী অমুক হন্না পোকপা শিবা নাইবা লৈনবগী মরম কর্ম্ম লৈতবদগী জ্ঞানী ওইবা মী অদু সংসারসিদা অমুক হন্না পোক্কে মহাক প্রারব্ধ কর্ম্ম লোইহনা শিবমক্তদা ব্রহ্মদা তিল্লী। অদুগা মশাগী মশকপু খঙদবা মীদি মশাবু কত্তা অমসুং ভোক্তা ওন খঙবা (নীংবা) মরমদগী হন্না হন্না পোকপা শিবা নাইবা সংসোবসিদা কম্মগী মতুং ইন্না অরা-অনা ফংহনা লৈ। মসিবু মনুনসু অসুম্না হায়রি—

সম্যগ দর্শনসম্পন্ন কর্ম্মভির্ন নিবদ্ধ্যতে।
দর্শনেন বিহীনস্তু সংসারং প্রতিপদ্যতে॥
(মনুস্মৃতি ৬/৭৪)

"মশাবু অশেংবা মওঙদা শংশনা খঙব মী সংসাবসিদা কর্ম্মশিংনা পুন্দুনা লেতে, অদুগা মশাবু শংশঙনা খঙদবা মী সংসাববু ফংহনা লৈ।"

হায়রিবা মসি পূম্নমকসিবু শ্রীভগবান্না শ্লোক সদা শম্নপ্না তাকিবনি। ২৫॥

অহানবদা কাম অমসুং ক্রোধগী (অপাম মিহৌ অমসুং অশাউবগী) ঈহূন লাক্লবদি মহু থিহনা নেমথহন্নবা হোৎনগদবনি হায়বসি ২৩শুবা শ্লোকতা তাকখ্রে হৌজিক্তি মখোয় অনীহুবু সুকপোক পোকহন্দনবা হো নগদবনি মহুতদা পুন্সি নীংথিনা মহৈ যানগনি হায়না তাক্ল—

কামক্রোধবিযুক্তানাং যতীনাং যতচেতসাম্।
অভিতো ব্রহ্ম নির্বাণং বর্ত্ততে বিদিতাত্মনাম॥ ২৬।

অন্বয় ব্যাখ্যা — কামক্রোধবিযুক্তানাং=অপাম মিহৌ অমসু অশাউববু পুমথা থাদোরবা (পূক্নীংদা সুকপোক পোকহন্দ্রবা) যতচেতসাম=পক্নীংবু মী থিনা লাকশিন্দুনা থম্লবা, যতীনাং—মহুগীদমক কন্না হো নহুনা লৈবা বিদিতাত্মনাং=পরমাত্মতত্ত্ববু শংশঙনা খঙলবা মীশিংহুগী অভিত=মফম অমসু মতম পূম্নমক্তা (হিংলিংগী মতম অমসুং শিরবা মতুং অনীমক্তা) ব্রহ্মনির্ব্বাণং বর্ত্ততে=ব্রহ্মদা তিনবী মশক ওইবা মোক্ষ লেঙদনা লৈ। ২৬।

অপূনবা অর্থ।—অপাম মিহৌ অমসুং অশাউববু পূক্নীংদা সুকপোক পোকহন্দ্রবা, পূক্নীংবু ফাজিন্দুনা থম্লবা অমসুং যাম্না কন্না হোৎনহুনা আত্মতত্ত্ববু শংশঙনা খঙলবা মীশিংগীদি হিংলিংগী মতম অমসুং শিরবা মতুং অনীমক্তা ব্রহ্মদা তিন্দুনা লৈবগী মশক ওইবা মোক্ষ আস লেঙদনা লৈ (হিংহুনা লৈরিংগী মতমদা মখোযশিংহু জীবন্মুক্ত ওইহুনা লৈ, অদুগা শিরবা মতুংমক্তদা ব্রহ্মদা তিন্দুনা মশাগী অশেংবা শক্তমদা লে)। ২৬।

অথূপ্পা বা

শ্লোক অসিদা শ্রীভগবান্না "অভিত —"মফম অমসুং মতম পূম্নমক্তা" অসুম্না হায়বগী মদি অ নি—কামক্রোধনচিংবা পূম্নমপু লাকাশদুনা আত্মজ্ঞান ফংনবা হোৎনরগা মশাগী

মশকপু শংশঙনা ব্রহ্ম ওইনা খঙলবা মীনা হিংহুনা লৈরিবৈগী মতমদসু তাইবংপান পূম্নমকসিবু মাগী মশক ওইবা ব্রহ্ম ওইনা উহুনা (য়েংহুনা) লৈ মানা যেংনু য়ে লুবা মফমশি দা ব্রহ্মগী সত্তা (অরৈবা) নত্তনা অতোপ্পা করিগুম্বা পোং অমগী তোঙান্না সত্তা উদে। শীন থুনা লৈবা ব্রহ্মগী সত্তা অহুমা অতোপ্পা পোংশিংসু লৈবগুম উবনি হায়বসি মানা লেপ্পী। মতৌ অস্মুম্না মখোয়দা (পোংশি হুদা) উরিবা সত্তা অহবু পূক্নীদা নীংথিনা বিচার তৌহনা ব্রহ্মগীনি খঙলবদি পোংশিং অহ উরবসু মতম অহুম্মক্তা নৈতবনি হায়বসি নীংথিনা লেপ্পা ঙম্মী। মরমদি সত্তা অহ লৌথোকখ্রবদি পো শিংহু লৈ হায়বা যাদে। মরম অসিনা উরি খঙলিবা পোং পূম্নমকসিবু মতম অমসুং মফম পূম্নমক্তা ব্রহ্মগী মশকমক্কি হায়বসি শ্রুতিনা অস্মুম্না তাক্লি—
"ব্রহ্মৈবেদমমৃতং পুরস্তাদ্ব্রহ্ম পশ্চাদ্ব্রহ্ম দক্ষিণতশ্চোত্তরেণ। অধশ্চোর্দ্ধঞ্চ প্রসৃতং ব্রহ্মৈবেদং বিশ্বমিদং বরিষ্ঠম্।।" (মু উ ২।২।১১)— লেঙলি পাল্লবা তাইবং পূম্নমকসি অমৃতগী মশক ওইবা ব্রহ্মমক্কি মাঙদসু ব্রহ্মনি তুংদসু ব্রহ্মনি ওয যেং অনীমক্তসু ব্রহ্মনি থক খা অনীমক্তা চাইথনা লৈরিবা অসিসু ব্রহ্মনি করি অমুক হায়গনি স সার পূম্নমকসি খ্বায়দগী অথোইবা ব্রহ্মহুমক্কি॥" মসিদ নত্তনা জ্ঞানীনসু পূম্নমকসিবু মশাগী মশক ওইনা অস্মুম্না হায়রি—
"অহমেবাধস্তাদহমুপরিষ্টাদহং পশ্চাদহং পুরস্তাদহং দক্ষিণতোহহমুত্তরতোহহমেবেদং সর্ব্বম্॥" (ছা উ ৭।২৫।১)— মখাদসু এমক্কি মথক্তসু ঐমক্কি তুংদসু ঐমক্কি মাঙদসু ঐমক্কি, য়েত্তসু ঐমক্কি, ওয়দসু ঐমক্কি লৈরি উরিবা পূম্নমকসি ঐমক্কি।"

মরম অসিনা জ্ঞানী শিংহুনা লৈরিবৈগী মতমদসু ব্রহ্ম ওইনা লৈ হায়বসিদা চিংনফম লৈতে প্রারব্ধ কর্ম্ম লোইহনা শিবমক্তদা ব্রহ্মগী মশক ওইনা লৈ হায়বসিদদি করি অমুক হায়গনি? অশেংবমক্কি পূম্নমকসি ব্রহ্মমক্কি অহবু ভ্রমদগী (শেরান্নবা খঙবদগী) ঐখোয়না তোঙান্না উরিবনি। ২৬॥

অহানবদা শ্রীভগবান্না নিষ্কামকর্ম্ম তৌহনা পূক্নীং শেংদোক্লবা হোংনগদবনি হায়বসি ঙাগায়রবা তাকখ্রে হৌজিক স যোগী ব্রহ্মনির্ব্বাণম্ (৫।১৪) হায়খিবা অহদা পূক্নীং লাকশিন্দুনা যোগী করম্না ওইবা ঙমগদগে হায়বসি তাক্লবগীদমক সূত্র ওইনা (রাহৈ খজিক্তুংনা মরু ওইবা অথপ্পা তাকপবু সূত্র কৌই) অধ্যায়গী অরোইবদা শ্লোক অহুম হায়রি, মহুদসু অহানবা শ্লোক অনীনা যোগ তৌনবা মওঙ তাক্লি—

স্পর্শান কৃত্বা বহির্বাহ্যাংশ্চক্ষুশ্চৈবান্তরে ভ্রুবো।
প্রাণাপানৌ সমৌকৃত্বা নাসাভ্যন্তরচারিণৌ ॥ ২৭ ॥
যতেন্দ্রিয়মনোবুদ্ধির্মুনির্মোক্ষপরায়ণঃ।
বিগতেচ্ছাভয়ক্রোধো যঃ সদা মুক্ত এব সঃ ॥ ২৮ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — বাহ্যান—মপান্দগী ওইবা স্পর্শান—রূপ রস গন্ধনচিংবা ( মওঙ মশক মহাও, মনমনচিংবা ) বিষয়শিংবু বহিঃ কৃত্বা—পকী দগী মপান্দা থাদোকগা চক্ষু চ=অদুগা মীৎপুস্তু, ভ্রুবো অন্তরে এব ( বুয়া )—পীশূম অনীগী মযায়মক্তদা থম্নগা ( মীৎ অনীনা পীশূম অনীগী মযায়মক্তবু য়েংলগা ) নাসাভ্যন্তরচারিণৌ=নাখোনগী মনুংদা হোন্দোক-হোশিন তৌহনবা চৎলিবা, প্রাণাপানৌ=প্রাণ অমসুং অপান কৌবা নুংশিৎ অনীবু সমং কৃত্বা=চপ মাননা থম্নগা যতেন্দ্রিয়মনোবুদ্ধি—মীৎ-নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিং পকী অমসুং বাখলবু ফাজিল্লগা বিগতেচ্ছাভয়ক্রোধ=অনীংবা অকিবা অমসুং অশাউবা লৈত্রবা সদামোক্ষপরায়ণ—মোক্ষ ফংনবা হোৎনবদা মতম পুম্নমক্না পক্কী চংশিল্লবা য মুনি=মরম অসিদগী আত্মাগী মরমদা মনন ( বিচার ) তৌহনবা লৈবা মী স—অসিগুম্বা নাক অহ মুক্ত এব—মোক্ষ ফংবাক ওই ॥ ২৭, ২৮ ॥

**অপূনবা অর্থ** — মপান্দগী রূপ রসনচিংবা বিষয়শিং পক্কীদগী মপান্দা থাদোক্লগা ( তাম্থোক্লগা ) মীৎ অনীবুসু পীশূম অনীগী মযায়মক্তদা যেংহনা থম্নগা নতোন মনুংদা চংবা প্রাণ অমসুং অপান কৌবা নুংশিৎ অনীবুসু চপ মান্ননা থম্নগা মী নাচংবা ইন্দ্রিয়শিং পক্কী অমসুং বাখলবু ফাজীল্লবা অনীংবা অকিবা অমসুং অশাউবা লৈত্রবা মোক্ষ ফংনবা হোৎনবদা মতম পুম্নমক্না পক্কী থিজিল্লবা অমসুং আত্মাগী মরমদা বিচার তৌবা বাখল তৌবা অসিগুম্বা মী অহ শোয়দনা মোক্ষ ফংবমক ওই ॥ ২৭, ২৮ ॥

অহৃঙ্গ্য বা

সংসার অসিদা জীবশিংনা অরানুবা ফংনবগী বিষয় ( পোৎশিং ) ওইনা রূপ ( মশক মতৌ মওঙ ) রস ( অথা অযাক্রুচিবা মহাও ) গন্ধ ( নাথিবা নুংশিবা মনম ) শব্দ ( অয়াক অনেংখোঞ্জেল ) অমসুং স্পর্শ ( অপেং অকন থংবা শোকপা শম্নবা ) মখা অসি লৈ। মখাসি নওনা তরুকশুবা ভোগ্য ( অরানুবা ফংনবা ) বিষয় লৈতে। মখা অসিদনা জীবশিংবু সংসারদা পুন্দুনা থম্লিবনি। মখোয়াস মপান্দগী পাংখ্রুনি হকচাং মনুংগী পোৎ নত্তে। অদু মপান্থোংগী বিষয়শিংসিগা লোয়ননা মীৎ লৈয়ে নাতোন নাকং অমসুং উরণা কেংণ ইন্দ্রিয়শিংগা মথং মনাও নাইনা শম্নবদগী মখোয় পুক্নীংদা চংলকই। মহুদগী জীবনা অরানুবা খাইনচিংবা ফংহনা মখোয় অহ পুক্নীদা সংস্কার ( যাম্না কুপ্পা মফি ) ওইনা লৈহোই। মতো অসুম্না সংস্কার ওইনা পুক্নীংদা লৈরোরিবা বিষয়শিংদুগী মতুং ইন্না জীবনা পামদবা থাদোক্লী অমসু অপাম্বা লৌশিন্নীই। মসি জীবশিংনা হোনশা নগ্রবসু বাখল লৈতবা মরমদগী হোনা ওইবগুম তৌনা লৈ। মরম অসিনা বাখল লৈতারগনা মোক্ষ ফংনীংবা মীনা ধ্যানগী মশক ওইবা যোগ তোগে হায়রবদি পুক্নীংদা লৈরিবা মপান্দগী বিষয়শিংবু মপান্দা লৌথোক্কদবনি অমসুং কাউথোক্কদবনি। মহুম্না তোরবতদা ধ্যান যোগ নীংথিনা তৌবা ঙমগদবনি মহু নগ্রবদি

পূক্নীং অহু বিষয়শিংবু নীংঠনা লৈগনি, সূপ্না য়েংবদা ধ্যান তৌই হায়বদা ওইগনি মহুদি বিষযশিংবু না বনি অশেংবা ধ্যান নত্তে। মরম অসিনা ধ্যান করম্না তৌবা হৌনৈ হায়বসিবু শ্রুতিনস্থ অস্থুম্না তাক্লি— "অন্তঃস্থানিন্দ্রিয়াণ্যন্তর্বহিস্থান্ বিষযান্ বহি॥" (না প উ ৩।২৬)— "কচাগী মন্থু দা লেবা মীংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংবু মনুংদা থমগদবনি ( মপানগী বিষযশিংদা চংন্লোই দবনি ) অহুগা মপানগী বিষয়শিংবু মপান্দা থমগদবনি ( পূক্নী দা বিষযশিংবু নী লোইদবনি )।" মরম অসিদগী ধ্যান যোগ তৌবা মতমদা মীং অনীবু পীশূম অনীগী ময়াযদা থম্ম হায়না ভগবান্না তাকলিবনি। মরমদি মীং উইশিন্দুনা ধ্যান তৌরবদি তূগী লকপা লাক্তুনা ধ্যান তৌবা থাদোকনি অহুগা মীং পাঙথোক্তুনা লৈরবদি মাঙদা লৈবা নত্রগা ল্যাকপা পোংশিংদা য়েংহনা বদ্ধি চোইগনি। মরম অসিনা মীংপু য়াম্নস্থু পাংথোক্তুনা অমস্থু য়াম্নস্থু উইশিন্দনা পীশুম অনীগী মপাযদা থম্লবদি য়াম্না থুনমক থোয়দা ( নীংলিবা পোংশক অহুদা ) পূক্নী নুপশিল্লক্তুনা ধ্যানযোগ নীংথিনা তৌবা যাই।

মতৌ অস্থুম্না ধ্যানগী অভ্যাস নীংথিনা তৌবা চঙ্লকলবদি নুংশিবা নাংন্দাক লোনজিন তৌহনা চংলিবা অসিস্থু য়াম্না তপ্না চংশিল্লকই। মন ধ্যানদা পুক্নুং নীংলরবদা নুংশাসোর হোল্লি হাযবা ফাওবস্থু অয়েংবা মীনা থঙদে। মসি প্রাণ অমস্থুং অপানবু চপ মাননা থম্না হাযবতুনি। যাবম অসি যৌমবা ধ্যানযোগগী অভ্যাস তত্তনা চাংনাইনা তৌহনা লৈগদবনি। মসিদা প্রাণায়ামগী নিযমগী মতু ইন্না পূরক কুম্ভক অমস্থুং রেচক তৌহনা লৈরবদি মহুদা পূক্নীং চঙদূনা লৈবা মরমনা কদোঙেদস্থ ধ্যান নীংথিনা তৌবা য়ারোই মহুগী মরমদা করিমত্ত থন্দনা হৌনশা ওইনা থরায (প্রাণ) য়াম্না তপ্না চংথোক চংশিন তৌহনা লৈবা অহুদা ধ্যানযোগদা মতে পাংলিবনি। ধ্যানবু মচেং ওইনা থমলগা প্রাণায়ামবু মপুং ওইনা লৌদূনা মহুগীদমক পূরক কুম্ভক অমস্থুং রেচক কদোঙেদস্থ য়াম্না কন্না তৌরোইদবনি। মরমদি মহুগীদমক অফানবদা আসন নচিংবা সিদ্ধ তৌবা তাই অমস্থুং অকৃপ্না অফবা চাঙ্গাক চাদূনা হকচাংবুস্থ নীংথিনা শেংদোকপা তাই। নত্রবদি কান্নবগী মহুত্তা য়াম্না অমাঙবতা ওইগনি, পুন্সি শাংনবা হোংনবদা য়াম্না তেনবা ওইগনি। মরম অসিনা হঠযোগপ্রদীপিকাদা অস্থুম্না হায়রি—

প্রাণায়ামাদিযুক্তেন সর্ব্বরোগক্ষয়োভবেৎ।
অযুক্তাভ্যাসযোগেন সর্ব্বরোগসমুদ্ভব॥ (২।১৬)

"প্রাণায়াম তৌনবা তাকইবা নিয়মশিংগী মতুং ইন্না প্রাণায়াম তৌবদগী হকচাংগী অনাবা পূম্নমক মাঙই, অহুগা চাবা থকপনচিংবা নিয়ম কায়না অভ্যাস তৌরিবা প্রাণায়ামদগীদি হকচাংদা অনাবা পূম্নমক পোক্লকই।"

যোগরসায়ন কৌবা লাইরিকস্থ অস্থুম্না হায়রি— "পথ্যাভাবে ভবেদ যোগী নানারোগসমন্বিতঃ।" (৬৯)— "যোগ তৌবদা হৌনবা নিয়ম ভাক্রুবদি যোগীগী হকচাংদা মথল-মথা অনাবা লায়রা পোকই।" মরম অসিনা অহোংবমাক্তু অথঙ অহৈ গুরু নৈত য়াওহনা মীনা কদোঙেদস্থ

অকনবা প্রাণাযাম তৌরোইদবনি। করিগুম্বা তৌনী৲বা থোক্লবস্থ মশাগী হকচা৲ য়েংহুনা ভস্ত্রিকা অমসুং চন্দ্রভেদন কৌবা প্রাণায়াম অনীতবু তৌগদবনি।

ভস্ত্রিকা প্রাণাযাম— অযুক অমসুং নুমিদাংবাই পুক হাওনা কোমনা লৈবা মতমদা অশেংবা মু শি৲ লৈবা মফমদা আসন থাহনা খোঙ্গ্াই চন্দুনা ফমলগা যেংথ বা খংকী খুংপী অমসুং খুংয়ায়বু নাতোনগী নাকল অনীদা থমগদবনি। মহৃদগী খুংপীনা য়েংথংবা নাতোন নন্দুনা মেনশিল্লগা খুযায থাদোক্লুবা ওযথংবা নাতোন্দগী নুংশিং থাদোকলগা মহুমক্কুদা অমুক হন্না যাম্না তপ্প তপ্পা নুশিং ভস্বমখৈ চি শিনগদবনি মতৌ অস্থুম্না চিংশিনবা লোইবমক্তা খংযায়না ওয়থ বা নাতোন নমদুন' মেনশিল্লগা খুংপী থাদোক্লুনা য়েংথংবা নাতোন্দা তপ্প তপ্পা মু শিং থাদোকনি অহুগা মহুমক্কুদা অমুক ন্না যাম্না তপ্পা ভস্বমখৈ মু শিং চি শিল্লগা খুংপীনা মহু নমদুনা মেনশিল্লগা খু যায থাদোক্লুনা ওয়থ বা নাতোন্দা নুংশিং অহুবু থাদোক্লগা অমুক হন্না মহুমক্কুদা চি শিনগদবনি অমসুং যেংথংবা নাতোন্দা থাদোকদবনি। মতৌ অস্থুম্না তৌবা প্রাণাযামবু ভস্ত্রিকা কৌই। মসি নুমিং খুদিংগী অযুক অমসু নুমিদা বাইদা মিনিট ৫ রোম চা৲ নাইনা তৌরবদি হকচাংগী মনু দা লৈবা শি লী পূমুমক শে দোকখিহনা হকচা৲ যবা ওই। মরমদি তপ্পা চি শিনখিবা মু শিং অহুদা লৈবা অমসং প্রাণতত্ত্ব ওইবা ওক্সিজেন ( Oxygen ) তত্ত্ব শি লী পূমুমক্তা চঙখিহনা মখোযদা লৈরম্বা ফত্তবা নাইট্রোজেন ( Nitrogen ) তত্ত্ব লৌথোকই অমসু মহু তপ্পা হোন্দোকলিবা নু শিং অহুগা লোযননা মপান্দা লাকই মহৃদগী শি লীশি৲ শেংবা মরম্না হকচা কৈ।

চন্দ্রভেদন প্রাণাযাম— ঈরু মায়থজহনা লাই খুরুমগে হায়না ফম্বা মতমদা হাল্লগী মতৌগুম্না ( ভস্ত্রিকা প্রাণায়ামদা তৌখিবগুম্না ) খুংপী অমসুং খুংয়ায নাতোনগী নাকল অনীদা থমলগা ৺ংহানবদা ওয়থংবা নাতোন্দা নু শিং তপ্পা চি শিন্দুনা ( পুরক তৌহুনা ) মতুংদা নাতোন অনী থিংজিল্লগা ( মেনশিল্লগা পুক্তা ভস্বমখৈ নুংশিং থি হুনা থমলগা ( কুম্ভক তৌরগা ) যেং থ বা নাতোন থাদোক্লুনা মহুদা তপ্প-তপ্পা থি হুনা থমলিবা নুংশিং অহুবু থাদোক্লদবনি ( রেচক তৌগ দবনি ) মসিদা প্রাণায়াম অমা ওই। মহৃদগী হাল্লগী মতৌগুম্না যেংথ বা নাতোন্দা নুংশিং চি শিল্লগা পুক্তা পুরক তৌহুনা থম্লবা মতুংদা ওয়থংবা নাতোন্দা থাদোকদবনি। মসি অনীগুবা প্রাণায়ামনি। অহুমগুবদদি অহানবগী মতৌগুম্না তৌগদবনি। মসিদগী হেন্না তৌরোইদবনি, তৌনী৲বা থোক্লবস্থ মঙাবক্তুগীদি কদোংঙৈদস্থ হেন্না তৌরোইদবনি। মসিগী কুম্ভক ( পুক্তা নুংশিং থি হুনা থম্বা ) খুদিংমক্তা পুক্নীংদা ওকার নত্রগা গায়ত্রী শোন্দুনা লৈগদবনি। মসিবু চন্দ্রভেদন প্রাণায়াম কৌই। মথক্ক মথা অযাম্বা প্রাণায়ামশিংগী মনুংদা অনীসিদবু অথোইববি হায়না যোগরসায়নদা অস্থুম্না তাকলি—

দ্বাবেব তেষু সর্ব্বষু প্রাণাযামৌ বরৌ মতৌ।
চন্দ্রভেদনসংজ্ঞশ্চ ভস্ত্রিকা সংজ্ঞকস্তথা॥ ৫ ॥

"মখল মথা অযাম্বা প্রাণায়াম পুম্নমক্কী মনু৲দা চন্দ্রভেদন অমসু৲ ভস্ত্রিকা কৌবা প্রাণাযাম অনীসি খ্বায়দগী অথোইবনি।"

প্রাণায়াম কদায়বু কৌবগে অমসু৲ কয়ম্না তৌবা হৌনৈ অসিনচি৲বগী মরমদা মরিশুবা অধ্যায়গী ২৯ অমসু৲ ৩ শুবা শ্লোক্কী অথূপ্পা য়াদা খরা শুগায়না অমসু৲ শম্নপ্না ইখ্রে। খঙনী৲বা মীনা মহুদসু য়ে বীগদবনি। মসিদ নত্তনা ধ্যান যোগগী অভ্যাস তৌনী বা মীনা পুক্নী ইন্দ্রিয়শি৲ অপাম মিহৌ, অশাউবনচি৲ববু মশাগী মথা পোলহন্দুনা থম্নবসু হোংনগদবনি। মখোযবু ঈখা পোলহন্দুম্না থম্বা ঙমলবদি মোক্ষ ফ৲বসি শোয়দবনি। মসিবু শ্রুতিনসু অসুম্না হাযরি—

ইন্দ্রিযাণা৲ নিবোধেন বাগদ্বেযক্ষযেন চ।
অহিংসযা চ ভূতানামমৃতত্বায কল্পতে॥
(না প উ ৩/৪৫)

"ইন্দ্রিয়শি বু থি হুনা থম্বদগী অপাম মিহৌ কলক য়ে৲থি মাঙখিবদগী অমসু৲ প্রাণীশি গী হিং৲সা তৌদবদগী মীনা মোক্ষ ফ৲বদা মতীক চায।"

মরম অসিদগী মফম অসিদসু মসি পূন্নমকসি লৌদূনা শ্রীভগবান্না মোক্ষ ফ৲নী৲বা মীগীদমক তাকপনি। ২৭ ২৮।

মতৌ অসুম্না ধ্যানযোগদা চঙদূনা লৈবা মীনা করি খঙলগা মুক্তি ফ৲বা ঙম্মি হায়বসিবু অসুম্না তাক্লি—

ভোক্তার৲ যজ্ঞতপসাং সর্ব্বলোকমহেশ্বরম।
সুহৃদ৲ সর্ব্বভূতানা৲ জ্ঞাত্বা মা৲ শান্তিমৃচ্ছতি ॥ ২৯॥

ইতি শ্রীমদ্ভগবদগীতাসূপনিষৎসু ব্রহ্মবিদ্যায়া৲ যোগশাস্ত্রে শ্রীকৃষ্ণার্জ্জুন স৲বাদে
কর্ম্মস৲ন্যাস যোগো নাম পঞ্চমোধ্যায। ৫।

**অন্বয ব্যাখ্যা** — যজ্ঞতপসা = শ্রুতি স্মৃতিনচি৲বনা তাকপদগী তৌরিবা যজ্ঞনচি বা কর্ম্মশি অমসু৲ অরাম খোরা নচি ববু খাঙদূনা হকচা৲ ইন্দ্রিয়নচি৲ববু লাকশিন্নবা তৌরিবা তপশি৲গী ভোক্তার = অতৌবা ওইহুনা নত্রগা দেবতাশি ওইহুনা মহৈ চারিবা সর্ব্বলোকমহেশ্বরম — পৃথিবী নচি৲বা লোক পূম্নমকপু খ্বাযদগী মকোক ওইনা ঙাক শেন্দুনা লৈরিবা সর্ব্বভূতানা = য়াম্না পীকপা তীল-কাঙনচি৲বা জীবশি৲দগী হৌহুনা ব্রহ্মা ফাওবগী সুহৃদ৲ — মরূপ ওইনা কান্নবা তৌরিবা মা৲ জ্ঞাত্বা — নারায়ণ ঐহাকপু মশামক্লি খঙলগা শান্তি৲ ঋচ্ছতি — মী অহুনা পরমশান্তিগী মশক ওইবা মোক্ষবু ফ৲ই। ২৯।

**অপুনবা অর্থ** — যজ্ঞ, তপ নচি৲বগী মহৈ চারিবা পৃথিবীনচি৲বা লোক পূম্নমকপু ঙাকপি শেনবীহুনা লৈবা মপু ওইবা জীব পুম্নমক্কীসু অথোইবা মরূপ ওইহুনা কান্নবা তৌরিবা নারাযণ ঐহাকপু মশামক্লি খঙলবা মীহুনা পরমশান্তিগী মশক ওইবা মোক্ষ ফ৲ই ॥ ২৯।

অথুপ্পা বা

শ্লোকসিদা শ্রীভগবান্না— "কৃষ্ণ ঐবু খঙলবা মীনা মোক্ষ ফংই" হায়না তাক্লি। অদুবু মসিদা অর্জ্জুন্না অসুম্না হাযবা যাই— "কৃষ্ণ নহাকপুদি অহিং নুংথিল অনীমক্তা ঐনা য়েংদুনা খঙদুনা লৈ ঐস্ন মোক্ষ ফংবনা চুম্মী।" অসুম্না অর্জ্জুন্না চিংনবা অসিবু কোকহনগে হায়বগীদমক শ্রীভগবান্না মাগী মশক তাকপদা যজ্ঞ তপ নচিংবগী মহৈ চাবা অসিনচিংবা অতোপ্পা বিশেষণশিংবু পীরিবনি। অর্জ্জুনা উরিবা অমসুং খঙলিবা কৃষ্ণ অদুদি মায়ানা মরম ওইদুনা মীওইবগী হকচা লৌবগুম তৌনা লৈরিবনি মাগী হকচাং অদু মাযিকনি ( মায়ানা শাবনি )। মরম অসিনা অর্জ্জুন্না খঙলি-উরিবা কৃষ্ণ অদু মাগী অশেংবা মওং মশক নত্তে। মাগী ( কৃষ্ণগী ) অশেংবা মওং মশক্তি সৎ চিৎ আনন্দনি মহাক মফম মতম অমসুং পোৎ পূম্নমক্তা শীনথু না লৈরিবনি সংসারসিদা মঙোন্দগী অতোপ্পা পোৎ অমত্ত লৈতে। "সর্ব্বং খল্বিদং ব্রহ্ম" (ছা উ ২।৪।৩)— "তাইবংপান পূম্নমকসি ব্রহ্মমক্কি।" "ইদং সর্ব্বং যদয়মাত্মা" (বৃ উ ৪।৬)— "লেঙলি পাল্লিবা পূম্নমকসি আত্মা অসিমক্কি" অসিনচিংবা শ্রুতিশিংদগী শ্রীকৃষ্ণগী অশেংবা মশক ব্রহ্মমক্কি অদুগা আত্মা অসিস্নু মঙোন্দগী অতোপ্পা নত্তে। অন্ত করণনচিংবা উপাধিশিংনা মরম ওইদুনা মহাক যজ্ঞ তৌবা তপ তৌবনচিংবা মী অমসুং লাইশিং ওইদুনা যজ্ঞনচিংবগী মহৈ চাবিবনি। শ্রুতিনস্নু অসুম্না হায়রি—

"একো দেবঃ সর্ব্বভূতেষু গূঢ়ঃ সর্ব্বব্যাপী সর্ব্বভূতান্তরাত্মা। কর্ম্মাধ্যক্ষ সর্ব্বভূতাধিবাস সাক্ষী চেতা কেবলো নিগুর্ণশ্চ॥" ( শ্বে ত উ ৬।১১ )— "দেব অমত্ত দা প্রাণী (থরাযপানবা) পূম্নমক্তা থুপ্পুংনা লৈ মহাক মফম পূম্নমক্তা শীনথু না লৈ অমসুং প্রাণী পূম্নমক্কী অন্তরাত্মানি (মনুং চম্না লৈবা আত্মানি) কর্ম্মশিংগী মপু ওইবনি অচৎ চত্ত প্রাণী পূম্নমক্কী চঙজফম ওইনা লৈফমনি অফ ফত্ত পূম্নমক্কী সাক্ষীনি, চেতনগী ( জ্ঞানগী ) মশক্তি পূম্নমক সুপ্না মহাকমক্তনি, মঙোন্দগী অতোপ্পা পোৎ অমা লৈতে অমসুং মহাক নিগুণনি ( গুণ অমত্ত লৈতবা লেঙদনা লৈবা তত্ত্বনি )। মরম অসিনা ভোক্তা ওইনা লৈরিবা জীবশিং অমসুং লাইশিং পূম্নমক কৃষ্ণমক্কি। মহাক মায়া উপাধিনা মরম ওইদুনা পৃথিবীনচিংবা লোক পূম্নমকপুস্নু ঙাকপি-শেনবিবা থাগ্নদগী অথোইবা মপু ঈশ্বরনি। শ্রুতিনস্নু অসুম্না হায়রি—"সর্ব্বেষাং ভূতানামধিপতিঃ সর্ব্বেষাং ভূতানাং রাজা" ( বৃ উ ২।৫।১৫ )—"মহাক প্রাণী পূম্নমক্কী অথোইবা মপুনি অমসুং নিংথৌনি।" "তমীশ্বরাণাং পরমং মহেশ্বরং তং দেবানাং পরমঞ্চ দৈবতম্" ( শ্বেত উ ৬।৭ )— "মহাক ঈশ্বরশিংগী ( মতীক মগুণ চাউবশিংগী ) মনুংদা অথোইবা পরমেশ্বরনি অমসুং দেবতাশিংগী মনুংদা অথোইবা দেবতানি।" অসিগুম্বা মশক ওইবা ঈশ্বরসি প্রাণী পূম্নমক্কী হৃদয়দা ( থম্মোয়দা ) লৈদুনা পূম্নমক্কী কান্নবা তৌই, মদুদা মীচঙ মীখায় করিমত্ত নাইদে। স্মৃতিদস্নু অসুম্না হায়রি—"তৎ সর্ব্ব প্রাণিহৃদয়ং সর্ব্বেষাঞ্চ হৃদিস্থিতম্" ( হারিত ৭।৭ )—"মহাক জীব পূম্নমক্কী হৃদয়নি, পূম্নমক্কী থম্মোয়দা লৈরিবনি।" মরম অসিদগী মহাক পূম্নমক্কী কান্নবা তৌবা অথোইবা মরূপনি। শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণদস্নু অসুম্না হায়রি—

অহমাত্মোদ্ধবোহমীষাং ভূতানাং সুহৃদীশ্বরঃ।
অহংসর্ব্বাণি ভূতানি তেষাং স্থিত্যুদ্ভবাপ্যয়ঃ॥
(১১/১৬/৯)

"হে উদ্ধব। ঐ (শ্রীকৃষ্ণ) প্রাণী পুম্নমক্কী আত্মা, অথোইবা মরূপ অমস্নু, ঈশ্বরনি (মপুনি), ঐমক প্রাণী পুম্নমক অসিনি, মখোযগী পোকপা, লৈবা অমস্নু, শিবা পুম্নমক্কী মরমস্নু ঐমক্নি।"

মরম অসিনা অসিগুম্বা কৃষ্ণগী মশক খঙলবতদা মীনা মোক্ষ ফংগনি, মাযাগী হকচাং লৌদুনা লৈবা শ্রীকৃষ্ণবু য়েংলগা অমস্নু, খঙলগা মোক্ষ ফংবা য়ারোই, মতুদগীদি সংসারগী নুংঙাইবা অমস্নুং পেনবা ফংবা য়াগনি। লৌশিং লৈবা মীনা মতু ফংনবা খক হোৎনরোইদবনি, সুপ্না আনন্দগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণদা তিন নবা হোৎনগদবনি। ২৯।

মতৌ অসুম্না শ্রীভগবান্না শকপা উপনিষৎশিংদা ব্রহ্মবিদ্যাগী মশক ওইবা
যোগশাস্ত্রগী মনুংদা অর্জ্জুন অমস্নু, শ্রীকৃষ্ণগী ৱাহং, পাউখুম
ওইনা ঙাঙনবদা "কর্ম্মসন্ন্যাস যোগ" কৌবা মঙাশুবা
অধ্যায়গী স্বামী যোগেন্দ্রানন্দনা ইবা অথুপ্পা
ৱাগা লোয়নবা অন্বয় ব্যাখ্যা
লোইরে। ৫।

— ॐ —



শ্রীপরমাত্মনে নমঃ

# শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতা

(ষষ্ঠোঽধ্যায)

## তরুকশুবা অধ্যায

তরুকশুবা অধ্যাযসিগী মমিংদি আত্মসংযমযোগনি। মসিদা "স্পার্শন্ কৃত্বা বহির্বাহ্যান্ অসিনচিংবা শ্লোক অহুম্না সূত্র ওইনা য়াম্না শম্না ধ্যানযোগগী মরমদা মঙাশুবা অধ্যায়গী অরোইবদা হায়খিবহুগী শব্দোক্লা ব্যাখ্যান তৌগনি ধ্যানযোগগী মপান অমস্তুং মমুংচনবা সাধনশিং তাক্তুনা মহু তৌবদা মতীক চাবা কনানো অমস্তুং মহুগী মহৈ কংয়িনো হায়বহুবুস্তু তাক্কনি। মহুদা মন (পুক্নীং) শেংদ্রবদি ধ্যান যোগ নীথিন' তৌবা য়াদবা মরমদগী পুক্নীং শেংদোক্নবা খ্বায়দগী অথোয়বা উপায় কর্ম্মযোগবু থাগত্তুনা অহানবদা অস্তুম্না হাযরি—

শ্রীভগবানুবাচ

অনাশ্রিতঃ কর্ম্মফলং কার্য্যং কর্ম্ম করোতি য।
স সংন্যাসী চ যোগী চ ন নিরগ্নির্ন চাক্রিয় ॥১॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — শ্রীভগবান উবাচ=শ্রীভগবান্না হায়খি য =মীহুনা কর্ম্মফলং=বেদনচিংবা শাহ্না তৌ হায়না তাকপা কর্ম্মশিগী মহৈশিংবু অনাশ্রিত =য়েংনু পামন্নুবা তৌদনা কায্যং= তৌবা হৌনৈ হায়হুনতা লেপ্লগা, কর্ম্ম করোতি=থবকশিংহুবু তৌহুনা লৈ স —অসিগুম্বা মহাক অহ্ সংন্যাসী চ যোগী চ—সন্ন্যাসীনি অমস্তুং যোগীস্তুনি ন নিরগ্নি — মৈদা পীবা হৌনবা অগ্নিহোত্র হোমনচিংবা থাদোক্লগদা সন্ন্যাসী ওইবা নত্তে ন চ অক্রিয় —দাননচিংবা পুণ্যগী থবকশিং থাদোক্তুনা তুমিন্না লৈরবতদ্দা যোগী নত্তে॥ ॥

অপুনবা অর্থ — শ্রীভগবান্না হায়খি—মীহুনা বেদনচিংবনা তৌ তাকপা কর্ম্মশিংগী মহৈ পাম্বা থাদোকলগা সূপ্না তৌবা হৌনৈ লেপ্তুনা কর্ম্মশিংহুবু তৌহুনা লৈ অসিগুম্বা মহাক অহ্ সন্ন্যাসীনি অমস্তুং যোগীনি সূপ্না মৈদা তৌবা হৌনবা কর্ম্ম থাদোকপদনা সন্ন্যাসী নত্তে, অহুগা সূপ্না দান নচিবা কর্ম্ম থাদোক্তুনা তুমিন্না লৈরগদা যোগী নত্তে ।১।

## অথুপ্পা বা

প্রকৃতি শেংদনা যোগ তৌবা য়াদে যোগগী অর্থ প্রকৃতিবু ফাজিনবনি। শেংদবা প্রকৃতিবু কনানসু ফাজিনবা ঙমদে মহাক্ত মতম পুম্নমক্তা বিষয়শিংদা চত্তনা লৈ। মরম অসিনা যোগ তৌগে হায়রবদি অহামবদা প্রকৃতি শেংনবা হোৎনবা তাই। অদুগা প্রকৃতি শেংনবা থুরায়দগী ঙথোকবা উপায়দি মহৈ পাম্বা থাদোকপুনা বেদনচিংবা শাস্ত্রশিংনা তৌ হায়না তাকপা পুণ্য ওইবা কর্ম্মশিংবু তৌবনি। মসি যোগগী মপান্থোংগী সাধননি (বহিরঙ্গ উপায়নি) মপান্থোংগী সাধন নীংথিনা তৌদনা মনুংচনবা সাধন (অন্তরঙ্গ উপায়) তৌবা য়ারোই। তৌরবসু মহাক্তদগী মহৈ নীংথিনা ফংবা (মহৈ যানবা) ঙম্মোই তৌই হায়বদা থোক্কনি। মরম অসিনা শ্রীভগবানা অন্তরঙ্গ (মনুংচনবা) সাধনগা লোয়ননা ধ্যানযোগ ফাক্নে হায়বগীদমক বহিরঙ্গ সাধন নিষ্কামকর্ম্মবু থাগত্তুনা যোগ তৌনীবা মশিং য়াম্লবা মীশিংবুসু সন্ন্যাসীনি হায়রিবনি। সন্ন্যাসগী অর্থ নীংথিনা থাদোকপনি। মরম অসিনা কর্ম্মগী মহৈ নীংথিনা থাদোকলবদি য়ম্বা নবা মীবুসু সন্ন্যাসী হায়বা য়াই। অদুবু মসি থাগত্তুনা হায়বনি অশেংবা সন্ন্যাসীদি নত্তে। অশেংবা সন্ন্যাসীদি শিখা সূত্র (লুগুন) থাদোকপা মরমদগী বেদনা তাকপা অমসুং মৈগা মরী লৈনবা অগ্নিহোত্র হোমনচিংবদা মতীক লৈতে হায়বদি পুমথা থাদোকলে। মসিদগী সন্ন্যাসীবু নিরগ্নি হায়নৈ। অদুগা পৈশা তান্দবা মরমনা দাননচিংবা পুণ্যকর্ম্ম তৌদবা অমসুং যোগ সাধনদা প্রকৃতি থিংজিন্দুনা লৈবা যোগীবু অক্রীয় (দাননচিংবা কর্ম্ম তৌদবা) হায়নৈ। অদুবু য়ুম্বানবা মীসু দাননচিংবা কর্ম্ম তৌহনা লৈরবসু মহাক্তগী মহৈ পামদনা তৌবা মরমদগী কর্ম্ম তৌদবগা চপ মান্নবগুম লৌদুনা মাবু যোগীনি থাগৎপনি। মরমদি তৌরিবা নিষ্কামকর্ম্মদুনা মরম ওইদুনা তুংদা মাংক অথোইবা যোগী ওইবা ঙমগনি। ব্যবহারদা যথবু থাগৎপদা— "শাদি যথমক্কুনি ঈরোই নচিংবদি শা নত্তে" হায়নৈ। মসিদা অশেংবমক্কি ঈরোইনচিংবা শা নত্তে হায়রবা য়াদে সূপ্পা মাতবু থাগৎকে হায়বগীদমক যথ নত্তবা ঈরোইনচিংববু শা নত্তে হায়বতনি। মতৌ অসুম্না মফম অসিদসু নিষ্কামকর্ম্ম তৌহনা লৈবা য়ুম্বানবা মীবু থাগৎকে হায়বগীদমক মহাক সন্ন্যাসীনি অমসুং যোগীনি, নিরগ্নি সন্ন্যাসী নত্তে অমসুং অক্রিয় যোগী নত্তে হায়বনি। অশেংবমক্কি নিরগ্নি সন্ন্যাসীনি অমসুং অক্রিয় যোগীনি ॥ ১ ॥

অশেংবা সন্ন্যাসী অমসুং যোগী নত্রবসু নিষ্কামকর্ম্ম (মহৈ পামদনা তৌবা কর্ম্ম—থবক) তৌহনা লৈবা য়ুম্বানবা মীবু থাগত্তুনা করি মরমদগী সন্ন্যাসীনি অমসুং যোগীনি হায়রিবনো? অসুম্না চিংনবদা মহাক্তগী মরম তাক্কুনা হায়রি—

> যং সংন্যাসমিতি প্রাহুর্যোগং তং বিদ্ধি পাণ্ডব।
> ন হ্যসংন্যস্তসংকল্পো যোগী ভবতি কশ্চন ॥ ২ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা:**— পাণ্ডব—পাণ্ডুগী মচা হে অর্জ্জুন! যং=মৈনচিংবগা মরী লৈনবা অগ্নিহোত্রনচিংবা থবক পুম্নমক থাদোকপা অদুবু, সংন্যাসম—সন্ন্যাস কৌই ইতি প্রাহু—অসুম্না শ্রুতি

স্মৃতিনচিংবনা হায়ে ত =মহুমক্তবু যোগ, বিদ্ধি—নিষ্কামকর্ম্ম যোগনি ইচউ হি—মসিগী মরমদি অসন্যস্তসংকল্প — মহৈগী অপান্না থাদোক্তবা কশ্চন—কনা অংত্তম্ম যোগী ন ভবতি=ধ্যানযোগী ওইবা ঙমদে ॥ ২ ॥

অপূনবা অর্থ — হে পাণ্ডব অর্জ্জুন। মৈনচিংবগা মরী লৈনবা কর্ম্ম পুম্নমক থাদোকপা অহুবু সংন্যাস কৌই— অস্মুম্না বেদ শাস্ত্রনচিংবনা হায় মহুমক্তবু নংাক্পা নিষ্কামকর্ম্ম যোগনি খংউ। মরমদি কর্ম্মশিংগী ফল পান্না থাদোক্তনা কানামতম্ম ধ্যানযোগী ওইবা ঙমদে ॥২॥

অহৎপ্পা র্দা

ব্রহ্মচর্য্যনচিবা আশ্রম মরিগী মন্নু দা সন্ন্যাস আশ্রমসি খ্বাযগী অথোইবনি। শ্রুতিনম্মু অস্মুম্না হায়রি— "সংন্যাস এবাতিরেচয়ৎ" (তে অ ১।৬২) "ন্যাস এবাতিরেচয়ৎ" (মহানা উ ২১।২)— সন্ন্যাস অসি খ্বায়দগী থোইনা মকোক ওইবান। ব্রাহ্মণা পুত্রৈষণাযাশ্চ বিত্তৈষণাযাশ্চ লোকৈষণাযাশ্চ ব্যুত্থাযাহথ ভিক্ষাচর্য্যং চরন্তি।" (বৃ উ ৪।৪।২২)—'ব্রহ্মবু মশাগী মশক ওইনা শংশঙনা খঙনীংবা মীনা মচাগী অপান্না লল থুম্নী অপান্না অমম্মু স্বর্গ নচিংবা লোককী অপান্না থাদারুগা ভিক্ষাগী চেঙ চাদূনা লৈবগী মশক ওইবা সন্ন্যাস লৌই। অস্মুম্না হায়রিবা সন্ন্যাসসিদা অপান্না থাদোকপগী মতৌগুম্না নিষ্কামকর্ম্ম যোগদম্মু মহৈগী অপান্না অমম্মু, অতৌবগী নাপল থাদোকলগা শাস্ত্রনা তৌ হায়না তাকপা কর্ম্মশিং বু তৌহুনা ৬ক্রী শেংনবা হোৎনরগা ব্রহ্মগী মশক ওইবা আত্মাবু খঙনীবা মরমদগী সন্ন্যাসমক্তবু নিষ্কামকর্ম্ম যোগনি খংউ হায়না চপ মান্নবগুম্না শ্রীভগবানা তাকপনি। মরমদি অপান্না পোৎ ফগে নীবা থাদোক্তবদি কনা অমতম্মু ধ্যানযোগ তৌবা ঙমদে অহুগা মহুগী অভ্যাস তৌহুনা লৈরবম্মু নীথিনা মৎ যাল্লোই। মসিদি তৌবিবা থবকশিংগী মহৈ পান্না থাদোক্তবতদা মহৈ য়ানগদবনি নীব পান্নবনচিংবা পুম্নমকসি মনগী ধম্মনি। মহ পুম্নমক মননা লৈত্রবতদা ধ্যানযোগ সিদ্ধ ওইগনি। মরম অসিনা যাগ কদায়বু কৌই হায়বসিবু পাতঞ্জল যোগদর্শনদা অস্ম্যা তাক্লি— যোগশ্চিত্তবৃত্তি নিরোধ "—(১/২)— "মনগী বৃত্তিশিংবু থিংহুনা থম্না যোগনি।" এখোয়গী মন অসি ঐখোয়না নীবা পান্না খঙবনচিবগী মীরম ওইবা পোৎশি অহুগী মওঙ লৌদূনতা লৈ মশাগী অশেংবা মওঙ অমদি মশক্তা লৈতে। মতৌ অস্মুম্না মনগী মখল মখা অয়ান্না পোৎশিংগী মওঙ ওইরিবংবু বৃত্তি কৌই। মরম অসিনা শাস্ত্রকারশিংনা অস্মুম্না হায়রি—"অন্ত কব ঙ্গ বিষয়াকারেণ পরিণামো বৃত্তি — বিষয়গী (মীরম ওইবা পোৎশিংগী) মওঙ ওইনা মনগী মশক ওন্থোকপবু বৃত্তি কৌই। হায়রিবা বৃত্তি অসি মশীং ল কঙমদনা লৈরবম্মু মহ পুম্নমক মম্মু, চঙশিনহন্দুনা মঙাখক্তবু অস্মুম তাক্লি— বৃত্তয় পঞ্চতয্য ক্লিষ্টাঽক্লিষ্টা" (যো দ ১।৫)— অক ফত্ত পুম্নমক তিনশিন্দুনা বৃত্তিশিং অসি মখল মঙানি মহৃদি— "প্রমাণবিপর্য্যয়বিকল্পনিদ্রাস্মৃতয়" (যো দ ১/৬)— প্রমাণ, বিপর্য্যয় বিকল্প, নিদ্রা অমম্মু, স্মৃতিন।" ( ) অয়ানবা অমম্মু, চিংনবা লৈতনা করিগুম্না

পোং অমর খণ্ডনবা সাধনবু ( পাইন্নবু ) প্রমাণ কৌই। প্রমাণ অসিনা খণ্ডবা অসুং উবা হীরমশি (পোংশি ) ওইনা মনগী মওঙ ওন্থোকপা অদুবু "প্রমাণবৃত্তি" কৌই। (১) "বিপর্যয়ো মিথ্যা জ্ঞানমতদ্রূপপ্রতিষ্ঠম্" ( যো দ ১।৮ )—"করিগুম্বা পোং অমবু মাগী অশংবা মশক খঙদনা অতোপ্পা পোং অমগী মশক ওইনা লায় (ওয় তৈননা) খ বা অদু ' বিপর্যয় নি মসিব "ভ্রম" হায়নসু কৌই। মদুগী বিষয় ওইনা মনগী মওঙ ওন্থোকপা বিপর্যয় বৃত্তি কৌই। (৩) শব্দজ্ঞানানুপাতী বস্তুশূন্যো বিকল্প " ( যোগ দ ।৯ )— ' পো শক লৈত্রবসু হায়দোকপা বাইগী শক্তিদগী পোকপা জ্ঞানগী বিষয ওইনা নগী মওঙ ওন্থোকপা অদু বিপর্যয়বৃত্তি কৌই।" খদমদি— অখু বীগী মচা" হায়বদা সংসারবসিদা অ বীগী মচা অমত্ত লৈত্রবসু হায়খিবা বাইদুগী শক্তিদগী পোকপা জ্ঞানগী বিষয অখুংবীগী মচাগী মওঙ মনগী ওইবসি বিপর্যয় বৃত্তিনি। (৪) অভাবপ্রত্যয়া লম্বনা বৃত্তিনিদ্রা" (যোগ দ ১। )— "তমদনা লৈবা মতম অমসু তাথদুনা মঙ মঙবা মতমদা লৈবা পোংশিং বাংলবদা হায়বদি তমখুন হুম্না তম্না মতামদা করিমত্ত খঙদবগী মশক ওইবা অজ্ঞানবু খঙলিবা মনগী মওঙ অদুবু নিদ্রাবৃত্তি কৌই। তমখন লুনা তম্না মতমদা মনসি অজ্ঞানগী মওঙ ওইনা লৈ হায়বসি যাদ্রবদি পৌগংলবা মতুংদা— "ঐ যাম্না নুঙাইনা তমলম্মী মঙ ফাওবা মঙলমদে হায়বদি করিমত্ত খঙলাদে হায়না নীংশিংবসি যারোই। মরমদি হায়না খঙদবা পো কী নীংশিংবা যাদে খঙখিবা পোত্তগী নীংশিংবা য়াই। মরম অসিনা হৌগংলবা মতুংদা হায়বদি মীকপ থোকলবদা "খঙলমদে" হায়না নীংশিংবা অসিদগী খঙদবগী মশক ওইবা অজ্ঞানগী মওঙ ওইনা মন তমখুন হুম্না তম্না মতমদা লৈরম্মী হায়বসি লেপ্পা ঙম্মি। মসি মনগী নিদ্রাবৃত্তিনি। (৫) "অনুভূতবিষয়াঽসংপ্রমোষ স্মৃতি" ( যোগদ ১।১১ )— অমানবদা খংপ্রবা পোংশিংবু থাদোক্তনা ওইবা জ্ঞান স্মৃতিনি (নীংশিংবনি। হায়বদি মনদা ( অন্ত করণদা ) হায়না উখি খঙখিবা পোংকী লৈহৌবা সংস্কার অদমক্তনা পোং লৈতবা মতমদা পোকপা জ্ঞান স্মৃতিনি অদুগা মদুগী বিষয ওইনা মনগী মওঙ ওন্থোকপা অদু স্মৃতিবৃত্তি নি।" মতৌ অসুম্না প্রমাণনচিবা পুম্নমক অসিদগী মনদা পোকপা ঈকাই ঈকি অকি অখং অপাম মিহৌ অসিনচিবা পুম্নমক অসিবু মনগী বৃত্তি ঙাক্তনি। মখোযশিং অসিগী মমু দগী অমত্তং ফাওবা লৈরবসু মনবু মশাগী অশংবা মওঙদা থম্নবগী মশক ওইবা যোগ ( সমাধি ' নত্রগা মনবু নীংলিবা ধ্যেয়গী ( ধ্যানগী বিষয ওইনা নীংলিবা অদুগী ) মওঙ ওইনা থম্না য়াদে। মরম অসিনা ধ্যানযোগ সিদ্ধ ওইদে। কনাগুম্না মীনা আত্মাবু বিষয় ওইনা লৌরগা ধ্যান যোগ ( সমাধি ) তৌবা ঙম্নবদি অশংবা মশক্তা আত্মাগী সাক্ষাৎকার ওই। মসিবু যোগদর্শনদা অসুম্না হায়রি—

তদা দ্রষ্টুঃ স্বরূপেঽবস্থানম্" ( ১।৩ )— "মনগী বৃত্তিশিংবু থিংনা থম্না মতম অদুদা চেতন মশাগী অশংবা মশক্তা লৈ।" মসিবু বেদান্তগী সিদ্ধান্তদা ব্রহ্মসাক্ষাৎকার কৌই।

জীবম অসিদা জীবাত্মা অমসুং পরমাত্মা অমত্ত ওই। মরম অসিনা যাজ্ঞবল্ক্যনসু অসুম্না হায়রি— সংযোগোযোগইত্যুক্তো জীবাত্মপরমাত্মনো "— "জীবাত্মা অমসুং পরমাত্মা অনীগী তিম্নদুনা

অমত্ত ওইববু যোগ কৌই।" মতৌ অসুম্না নীংনীংবা শ্রীভগবান কৃষ্ণচন্দ্রনচি বগী ধ্যানযোগ তৌরবদি মখোযগীসু সাক্ষাৎকাব ওই। অদুগা ধ্যানযোগ ওইবা সমাধিদগী লৌগত্তুনা লৈবা মতমদদি চেতন আত্মাসি মনগী বৃত্তিশিংদুগা মান্নবা অমত্ত ওইবগুম তৌনা লৈ। মসিবুস্ত অসুম্না হায়রি— "বৃত্তিসারূপ্যমিতরত্র" (যোগদ ১।৪)— "অতোপ্পা মতমদদি (সমাধি ওইদবা মতমদদি) চেতন আত্মাগী মওঙ অদু বৃত্তিশিংগা চপ মান্নবগুম তৌনা লৈ।" মরম অসিনা শ্রীভগবান্না অনীবা অপান্না থাদোক্লবা কনা অমত্তসু ধ্যানযোগী ওইবা ঙমদে তাকপনি। যস্মান্দুনা লৈবা মীসু তৌরিবা কম্মগী মহৈ অপান্না থাদোক্লবদি সন্ন্যাসীগুম্না য়াম্না লাযমা ধ্যানযোগ তৌবা ঙমগনি। মরম অসিদগী নিষ্কামকর্ম্ম যোগবু থাগত্তুনা সন্ন্যাসনি হায়বনি, অশে বমক্তি কর্ম্মযোগ পূক্নী শেংদোক্লবা সাধননি ॥ ২ ॥

মতৌ অসুম্না থাগত্তুনা কর্ম্মযোগ শোয়দনা তৌগদবনি ত ক্লগা হৌজিক কর্ম্মযোগসিবু জ্ঞানগী বহিরঙ্গ (মপান্দগী) সাধন ওইনা মতম বদায় যাওবা তৌগদগে হায়বসি তাক্নি অমসুং জ্ঞান ফংনবা ধ্যানযোগগী সাধনবু হায়রি—

আরুরুক্ষোর্মুনের্যোগং কর্ম্ম কারণমুচ্যতে।
যোগারূঢস্য তস্যৈব শম কারণমুচ্যতে ॥ ৩ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — যোগ = জ্ঞান ফংনবা সাধন ধ্যানযোগদা আরুরুক্ষো = কাখনীবা (ধ্যানযোগবু) ফংজনীবা মুনে — অফ ফত্ত বিচার তৌরগা কর্ম্মগী মহৈ থাদোকলবা মীদুগী কর্ম্ম — বেদনচিংবা শাস্ত্রনা তৌ হায়বা তাকপা নিত্য নৈমিত্তিকনচিংবা কর্ম্মশিংবু তৌদুনা লৈবদু কারণ উচ্যতে = ধ্যানযোগদা কাখৎনবা সাধন (পাম্বৈ) নি— অসুম্না বেদনচিংবা শাস্ত্রনা হায় যোগরূঢস্য = অদুগা ধ্যানযোগদা কাখৎপ্রবা তস্য এব — কর্ম্ম তৌদুনা লৈবম্না মী অদুমক্তগীদি শম — কর্ম্ম তৌবা থাদোকপা কারণ উচ্যতে = ধ্যানযোগ মপু যানা তৌবা ঙম্লবগী সাধননি হায় ।৩।

**অপুনবা অর্থ** — ধ্যানযোগদা কাখৎনীংদুনা কম্মগী মহৈ পামদবা মীগীদি কর্ম্ম তৌদুনা লৈবসি মদুগী পাম্বৈনি। অদুগা ধ্যানযোগদা কাখৎপ্রবা অমসু কর্ম্ম তৌদুনা লৈরম্না মী অদুগাক্তীদি ধ্যানযোগ যংফানবগী পাম্বৈ কর্ম্ম থাদোকপনি অসুম্না বেদনচিংবা শাস্ত্রনা হায় ।৩।

অথপ্পা বা

পূক্নী শেংদনা ধ্যানযোগ তৌবা যাদে। পূক্নী শেংনবা উপায়দি নিষ্কামকর্ম্ম তৌবনি। মরম অসিনা ধ্যান যোগ তৌনীংবা মীনা অহানবদা পূক্নী শেংনবা উপায় নিষ্কামকর্ম্ম শোয়দনা তৌবা তাই। শ্রুতিনসু অসুম্না হায়রি— "মন্ত্রেষু কর্ম্মাণি কবয়ো যান্যপশ্যন্ তানি ত্রেতায়াং বহুধা স ন্তানি তান্যাচরথ নিয়তং সত্যকামা এষ বঃ পন্থা ॥" (মু উ ২।১) "মতম অহম্মক্তী পো পুন্নমক খংবা ঋষিশিংনা বেদগী মন্ত্রশিংদা উরম্বা কর্ম্মশিংদু ত্রেতাযুগক্তী মতমদা মখল-মখা য়াম্না শন্দোকখি। শন্দোকখিবা কর্ম্মশিংদুবু সত্য ফংনীংবা (সত্য ওইবা ব্রহ্মগী জ্ঞান ফংনীংবা) নখোয়না শোয়দনা তৌদুনা লৈয়ু মসি নখোয়গী লম্বীনি।"

মহ তৌবদসু মহৈ পাম্লোইদবনি, মহৈ পাম্লবদি যাম্না ফত্তবা ওইগনি হায়বসিবুসু অস্নুম্না তাক্লি— "অবিদ্যায়াং বহুধা বর্ত্তমানা বয়ং কৃতার্থা ইত্যভিমন্যন্তি বালাঃ। যৎ কর্ম্মিণো ন প্রবেদয়ন্তি রাগাত্তেনাতুরাঃ ক্ষীণলোকাশ্চ্যবন্তে॥" ( মু উ ২।৯ )— "অজ্ঞানগী অমম্ভ লৈদুনা অপাঙবশিংদুনা মহৈ পামদুনা কর্ম্মশিং দুব তৌরগা— ঐখোয়না তৌফগ থোকপা তৌবে তৌগদবা অমা লৈত্রে— অসুম হায়না খল্লী। কর্ম্ম তৌদুনা লৈবা মীশিং অদুনা মহৈ পাম্বা মরমদগী খঙহন্দ থোকপা পোং অদুবুদি করিংগত্তে খঙদে মদুদগী মাখায় কর্ম্মগী মহৈ লোইখিদুনা য়াম্না য়ানা লৈখা তায়।"

মরম অসিদগী শ্লোক অসিদসু শ্রীভগবাননা ধ্যানযোগদা কাখ নীবা মীগী "মুনি" বিশেষণসি পীরিবনি। "মননাৎ মুনি"— "অফ-ফত্তে পুম্নমকপু নীংথিনা বাখল ( বিচার ) তৌদুনা খঙবা মীবু মুনি কৌই।" কর্ম্মগী ফল পাম্লবদি সম্ভাবদা কোয়দুনা ( পোক্লু শিন্না ) তৌদুনা শোয়দনা অয়াবা ফংগনি অদুগা মহৈ থাদোকুগা কর্ম্ম তৌববদি মদুদগী পুক্নী শেংদোকখিদুনা ধ্যানযোগগী মতীক চাবা ওইগনি হায়বসি নীংথিনা খঙবদগী মপোয়না তৌরিবা কর্ম্মশিং দু ধ্যানযোগগী সাধন ওইরিবনি। অদুগা কর্ম্মশিং অদুবসু ধ্যানযোগদা কাখল্লিবা ফাওনদা তৌগদবনি কাখৎলবা মতু দা কর্ম্মশিং দুবু তৌদুনা লৈববদি ধ্যানযোগ পুক্নী চঙনা তৌবা য়াবেংই কর্ম্মশিং অদু তৌবদসু পক্লী শোয়দনা চোইগনি। মরম অসিনা পুক্নী শেংদনা ধ্যানযোগদা কাখৎলবদা মহুবু মপুং ফানা তৌনবগীদমক কর্ম্ম তৌবা থাদোকপবু উপায়নি হায়বনি। মতম অদুদদি— "ওমিত্যেবং ধ্যায়থ আত্মানম্"— অসিনচিংনা শ্রুতিনা তাকপা মতং ইম্না— "ওকারনচিংববু প্রতীক ওইনা লৌদুনা আত্মাগী ধ্যান মপুং ফানবা হোৎনগদবনি" ॥ ৩ ॥

করম্বা মতমদা মীনা ধ্যানযোগদা কাখৎপা ওই হৌংলবদা মদুগী পাউখুম অস্নুম্না পীরি—

যদা হি নেন্দ্রিয়ার্থেষু ন কর্ম্মস্বনুষজ্জতে।
সর্ব্বসংকল্পসংন্যাসী যোগারূঢ়স্তদোচ্যতে ॥ ৪ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** ঃ— যদা = মনগী বৃত্তিশিং বু থিংদুনা থম্বা ঙম্লকুবা মতম অদুদা ইন্দ্রিয়ার্থেষু = মীৎ-মাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংগী বিষয়-রূপ-শব্দনচি বদা, ন ( অনুষজ্জতে ) = পুক্নী চঙলক্তে কর্ম্মসু = অদুগা নিত্য নৈমিত্তক-নচি বা কর্ম্মশিংদসু ন অনুষজ্জতে = তৌনীংদবহ পুক্নী দা পোক্লকই হি = মরম অদুদগী, সর্ব্বসংকল্পসংন্যাসী = সংসারগী পোৎশিংবু ফংগে নীংবা পুম্নমক থাদোকপা মীওই তদা = মতম অদুদা, যোগারূঢ় উচ্যতে = মাবু ধ্যানযোগদা কাখৎলবনি হায়রৈ ॥ ৪ ।

**অপুনবা অর্থ ঃ**— মনগী বৃত্তিশিংবু থিংদুনা থম্বা ঙম্লকুবা মতম অদুদা মীৎনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংগী বিষয় রূপনচিংবদা পুক্নী চঙলক্তে অদুগা কর্ম্মশিং তৌববুসু পাম্লক্তে মরম অদুদগী অপাম্বশিংগী নীংবা পুম্নমক থাদোকপা মীওই, অদুগুম্বা মতম অদুদা মাবু ধ্যানযোগদা কাখংলবনি হায়রৈ ॥৪।

## অথূপ্পা বা

নিষ্কামকর্ম্ম তৌহুনা লৈবা অহুদগী অহক্কী মতীক পুক্নী শেংদোক্লক্কনি, মহুগী মতীক মনগী বৃত্তিশি বুস্থু থিংহুনা থম্বা ঙমগনি। মহুদগী মপান্থোংগী ভোগ্য ওইবা পোৎশি দা পুক্নী চঞ্চলক্লোই মসিদ নত্তুনা মতম অহুদা ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌবা অমসুং গশাগী (আত্মাগী) মশক অশেংবা মওঙদা করিনো হায়বসি বিচার তৌহুনা লৈবা মরমদগী মশাবু কর্ত্তা অমসুং ভোক্তা (কর্ম্ম অতৌবা অমসুং মহৈ অচাবা) নত্তে হায়বসি খঙলক্কুনা কর্ম্ম তৌবা সূকপাম পাম্নকলোই মহুদগী কর্ম্ম তৌগে নীংবা অমসুং মহৈ ফংগে নীংবা পুম্নাক অত্তবুস্থু থাদোক্কনি। মতৌ অসুম্ন নীংবা থাদোক্লবদি মনগী বৃত্তিশিংবু থিংহুনা থম্না অবাযবা ঙইগনি। মন্দগী অভ্যাস তৌহুন মনগী বৃত্তিশিংবু থিংলগা মাবু (মনবু) ধ্যেযগী (ধ্যানগী বিষয় ওইনা নীংলিবা শ্রীকৃষ্ণ নচিংবগী) মওং ওইনা থম্বা ঙম্লবা মতম অহুদা মী অত্তবু ধ্যানযোগদা কাখৎলবনি খঙাদবনি। অহুগা ধ্যানযোগসিদ কাখৎলবা মীগী মোক্ষ ওইবা অসিস্থু শোযদবনি। মরমদি— মাগা সংসারদা পুন্দুনা লৈনবগ মবম ওইবা সংকল্পবু (অপাম্বা পোৎ নীংহুনা ফংগে লেপ্পা অহু) থাদোকলে। সংকল্প থাদোক্লবদি মোক্ষ ফংই হায়বাসগী মবমদা শুকদেবনু জনক নিংথৌনা অসুম্না হায়রি— স্বসংকল্পবশাদ্বদ্ধো নি সংকল্লাদ্বিমুচ্যতে" (ম উ ২।৩)— জীবসি মশানা তৌরিবা সংকল্পগী মখা পোন্দুনা পুল্লিবনি সংকল্প লৈত্রবদি মুক্ত ওই।" সংকল্প অসিমক্তুনা মরম ওইহুনা জীব পুম্নমক্না অপাম্বা পোৎ যংনীংলিবনি অমসুং মহুগী মতুং ইন্না থবক তৌরিবনি। মনুনস্থু অসুম্না হায়রি— 'সংকল্পমূল কামোবৈ যজ্ঞ সংকল্পসম্ভবাঃ" (ম স্মৃ ২।৩১)— "সংকল্পনা মরম ওইহুনা অপাম্বা পোকই অহুগা যজ্ঞনচিংবা কর্ম্ম পূম্নমকসিস্থু সংকল্পদগী পোকপা ঙাক্কনি। মকি কৌবা ঋষিগী বহৈ ওইনা ভীষ্মনস্থু যুধিষ্ঠিরবু অসুম্না হায়রি—

কাম জানামি তে মলং সংকল্লাত্ত্বং হি জায়সে।
ন ত্বাং সংকল্পযিষ্যামি তেন মে ন ভবিষ্যসি॥
(মহাভা শান্তি ১৭৭।২৫)

"হে কাম! নহাক কদাযদগী পোকপনো হায়বসি ঐনা খঙই লেপ্পমক নহাক সংকল্পদগী পোক্লকপনি। মরম অসিনা ঐহাক নহাক্কী সংকল্প শূক্কো তৌরোই, মহুদগী নহাক (কাম) ঐগী ওইরোই।"

মরম অসিদগী মক্কম অসিদস্থু শ্রীভগবান্না সংকল্প তৌদবা মী ধ্যানযোগদা কাখৎপা ওই হায়না তাকপনি ॥ ৪ ॥

সংকল্প থাদোকপদগী মীনা ধ্যানযোগদা কাখৎপা ঙম্মি, মরম অসিনা মহুগীদমক মশামক্না কম্না হোৎনগদবনি হায়বসি তাক্লি—

উদ্ধরেদাত্মনাত্মানং নাত্মানমবসাদয়েৎ।
আত্মৈব হ্যাত্মনো বন্ধুরাত্মৈব রিপুরাত্মনঃ॥ ৫॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—** আত্মনা=বাখল তাবা ( লৈবা ) নশানা আত্মানং—পোকপা শিবা নাইহুনা অবাবগী মশক ওইবা সংসার সমুদ্রগী ঈপাক্তা তাহুনা লৈবা নশাবু উদ্ধরেৎ=মহুদগী থাঙ্গত্ত না কনগদবনি, আত্মানম—নশাবু, ন অবসাদযেৎ=অবাবদা তাহল্লোইদবনি হি—মরমদি আত্মা এব—নশামক, আত্মন বন্ধু =নশাগী অবাবা কোকহন্নবা মরূপনি , আত্মা এব—অহুগা নশামক আত্মন রিপু =নশাগী অবাবা তাহন্নবা যেক্লবনি ॥ ৫ ।

**অপুনবা অর্থ ঃ—** নশানা স সার সমুদ্রগী ঈপাক্তা তাহুনা লৈরিবা নশাবু থাঙ্গহুনা কনগ দবনি নশাবু অবাবদা তাংল্লোইদবনি। মরমদি—নশামক নশাগী অবাবা কোকহন্নবা মরূপনি , অহুগা নশামক নশাগী অবাবা তাহনবা যেক্লবনি। ৫।

অথৌপ্পা রা

বিচার মুন্না তৌহুনা য়েংলবদি ইশানা হোংনবা নত্তনা অতোপ্পগী হোংনবিবদগী কদৌউদস্মু অরান খবম ফ বা ওস্মোই হায়বসি খওবা ওমগনি। ব্যবহারগী মী যে দা যেংলবস্মু ইশানা ঈহোং হোংনদনা অতোপ্পগী হোংনবদগী ইশাগী অরাবা কোকই হায়বসি উদে। ইশানা হোংনবদা অতোপ্পদগী মতেং খরা লৌবা অমস্মুং ফ বা যাই মসিদি অতোপ্পা রাগম অমনি। করিগুম্বা থবক অমা তৌবা মতমদা অতোপ্পদগী মতে খর লৌবা অমস্মুং ফংবসিদি শোযদবনি মহু নত্তনা করিগুম্বা থবক অমত্ত পাওথোকপা যাদে অহুগা অতোপ্পগী মতেং ফ লবস্মু ইশাগক্তা অথোইবা ওইনা হোংনদ্রবদি থবক অহু সুকপাও পাংথোকপা যাদে। মসিগুমহুনা পোক্ল শিন্না তৌহুনা সংসারগী অবাবদা তাহুনা লৈরিবা ঐখোযনা মহুদগী লাম্থোকপা পান্নবদি ইশাদনা কল্লা হোংনবা তাই মগদা গুরু শাস্ত্রনচিংবদগী মতে লৌগদবনি মহুতদা ঐখোয় অবাবা পুম্নমক্কুগী লাম্থোক্কুনা মহৈ যানগনি। হায়রিবা রাসিমক্কুবু নারদ পরিব্রাজক উপনিষদক্কুস্মু হায়রি—
শ্রেয়স্কামং কৃচ্ছ্রগত আত্মনাত্মানমুদ্ধরেৎ" ( ৫।২৮ )— ' অবাবদা তাহুনা লৈবদগী অরান খুবম ফংনীংবা মীনা মশানা মশাবু মহুদগী লাম্থোকহনগদবনি।" অহুগা মশানা মশাগী লাম্থোকনবা হোংনবহুস্মু খজিক্কুং তৌরগা মহৈ য়ানবা য়ারোই পুক্নীং চপ যুংনা চোকথবা লৈতনা অমস্মুং থাজবগা লোয়ননা মতম চওনা হোংনরবতদা মহৈ য়ানগনি। মরম অসিনা মশানা মশাগী কান্নবা তৌরবদি মশামক মরূপ ওইগনি, অহুগা কান্নবা তৌদনা অরাবা ফ নবা তৌরবদি মশামক শোয়দনা য়েকনবা ওইগনি হায়বসিদা করিমত্ত চিংনক্কম লৈতে। অমরোমদা হায়রগা জীবাত্মাসি মনগা লোয়ননা অমত্ত ওইনা লৈবগুম তৌবদগী মনগী অরা অনা-নচিংবা পুম্নমক অহু আত্মাগী ওইবগুম তৌরিবনি। মন অসিস্মু জীবগী মশামক্কি, মন লৈত্তবা আত্মা

জীব ওইবা যাদে। মনসিগী ঈচেল সংসাররোমদা চেল্লিবা মতম অদুকী মখে জীবাত্মানা অরা অনা ফংদুনা লৈবসি শোযদবনি। মরম অসিনা মনবু সংসারগী পোংশিংদগী লাকশিন্দুনা থম্লবতদা জীবাত্মানা অরান খুবম ফংগনি, নত্রবদি অরা অনাদ ফংদুনা লৈগনি। মরম অসিদগী মনগী মরমদা অস্মুম্না হায়রি—

মন এব মনুষ্যাণাং কারণং বন্ধ মোক্ষযোঃ।
বন্ধায বিষযাসক্তং মুক্ত্যৈ নির্বিষযংমনঃ॥
(ব্রহ্মবি উ ২)

"মীওইবশিংগী সংসারদা পুন্নবা অমসুং সংসারদগী নাস্থোক্লবা (মোক্ষ ফংনবা) মরম মন মক্তম্না ওই। সংসারগী পোংশিংদা চণ্ডদুনা লৈবা মন পুন্নবগীদমকনি অদুগা পোংশিং অদুদা চণ্ডশিন্দবা মন মুক্তিগীদমক্নি।

মরম অসিনা সংসারগী পোংশিংদা চণ্ডশিন্দদুনা সংকল্প পূম্নমক থাদোকপা মন জীবাত্মাগী মরূপনি, অদুগা পোংশিংদুদা চণ্ডশিন্দুনা সংকল্প তৌবা মন য়েক্লবনি॥৫॥

লৌকিক করম্না মশানা মরূপনো অদুগা করম্না যেক্লবনো হায়বদু তশেংনা তাক্লি—

বন্ধুরাত্মাত্মনস্তস্য যেনাত্মৈবাত্মনা জিত।
অনাত্মনস্তু শত্রুত্বে বর্ত্তেতাত্মৈব শত্রুবৎ॥৬॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা**।— যেন=মীদুনা আত্মনা এব=মশামক্লা আত্মা=মন ইন্দ্রিয হকচাংনচি বর জিত=মখা পোলহন্দুনা থমলে তস্য=অদুগুম্বা মীদুগী আত্মা=মশা অদু আত্মন বন্ধু=মশাগী মরূপনি, অনাত্মন তু=অদুগা মন ইন্দ্রিয হকচাংনচিংববু মখা পোলহন্দুনা থম্বা ঙমদবা মীগীদি শত্রুবৎ=মপানগী য়েক্লবশিংগী মতৌগুম্না আত্মা এব=মশামক, শত্রুত্বেবর্ত্ততে=য়েক্লবা ওইনা লৈ (মপানগী য়েক্লবশিংগী মতৌগুম্না মহাক মশামক যেক্লবা ওইদুনা মশাগী মাঙনবা তৌই)॥৬॥

**অপুনবা অর্থ** —মীদুনা (জীবাত্মাদুনা) মশামক্লা মন, ইন্দ্রিয হকচাংনচিংববু খুদুম চন্দুনা থম্লে, অদুগুম্বা মীদুগী মশাদু মশাগী মরূপনি অদুগা মন, ইন্দ্রিয়, হকচাংনচিংববু খুদম চন্দুনা থম্বা ঙমদবা মীদুগীদি অতোপ্পা য়েক্লবগী মতৌগুম্না মশামক মশাগী য়েক্লবা ওইনা লৈ।৬।

জথূপ্পা বা

মনবু লাকশিল্লগা খুদুম চন্দুনা থম্বসি থ্বায়দগী থোইদোক হেন্দোকপা য়াম্না কনবা থবক অমনি। মনবু খুদুম চন্দুনা থম্বা ঙম্লবদি মীংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংবু অমসু হকচা বু খুদুম চনবসিদি অরায়বা থবক্নি। মরমদি মখোয় পুম্নমকসি মনগী মখা পোন্দুনা লৈ। মরম অসিনা মনবু খুদুম চল্লবদি মখোয়সু শোয়দনা খুদুম চন্দুনা লৈগনি। মরম অসিদগী থ্বায়দগী অহানবদা মনবু খুদুম চন্নবা উপায় তৌগদবনি। মসি অরায়বা থবক নত্তবদগী শ্রীরামনা হনুমানগী মক্মদা অস্মুম্না হায়রি—

হস্তং হস্তেন সংপীড্য দন্তৈর্দন্তান্বিচূর্ণ্য চ।
অঙ্গান্যঙ্গৈং সমাক্রম্য জয়েদাদৌ স্বকং মন ॥
(মুক্তি উ ২/৪২)

"খুৎপু খুৎনা নোইহনা য়াখিবু য়াশিংনা চীকুনা অমস্তু হকচাংগী কায়াংশিংবু কায়াংশিংনা নমদুনা অহানবদা মশাগী মনবু খুহম চনগদবনি।" মতৌ অমুম্না কন্না অমস্তু মতম চঙনা লোৎনবুবতদা মনবু খুহম চনবা ঙমগনি। মফাক ইখা পোন্দুনা লৈরবদি ঐখোয়গী কবি অমুক তৌফম লৈত্রে। মরম অসিনা মসিগী মবমদস্ত অমুম্না হায়রি—"মনসো বিজয়ান্নান্যা গতিবস্তি ভবার্ণবে।" (ম উ ৫/৭০)—"সংসার সমুদ্র অসিদা মনবু বিজয় তৌবা নত্তনা মসিদগী লান্নবা অতোপ্পা পাম্বৈ লৈতে।" মসিবু কবি করম তৌরগা বিজয় তৌবা ঙমগদগে হায়বসিদি মতুংদা শ্রীভগবান্না মথ মনাও ন ইনা তাকপিবক্কনি। ৬॥

পুক্নী, হকচা, অমস্তু, ইন্দ্রিয়শিংবু মশাগী মখা পোন্না থম্লগা অবানুঙাইনচিংবা পুম্নমক খাঙহনা সমাধি তৌরিবা মীহবু ধ্যানযোগদা কাখৎপা কৌই হায়বসিবু মখাগী শ্লোক অনীম্না অমুম্না তাক্লি—

জিতাত্মন প্রশান্তস্য পরমাত্মা সমাহিতং।
শীতোষ্ণ সুখদুঃখেষু তথা মানাপমানযো ॥ ৭॥

জ্ঞানবিজ্ঞানতৃপ্তাত্মা কুটস্থো বিজিতেন্দ্রিয়ং।
যুক্ত ইত্যুচ্যতে যোগী সমলোষ্টাশ্মকাঞ্চন ॥ ৮॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — জিতাত্মন =মন হকচা, অমস্তু, ইন্দ্রিয়শি মশাগী মখা পোন্না থম্লবা (মরম অসিদগী) শীতোষ্ণ সুখদুঃখেষু=অঙৗ, অশা, অবানুংঙাইনচিংবদা, তথা=অহুগা মানাপমানয়ো =ঈকাইখুম্নবা অমসু ঈকাইখুম্নদবদা চপ মান্নবা লৈরবা, (মরম অসিদগী) প্রশান্তস্য= পুক্নী যাম্না তপ্লবা মীহুগী পরমাত্মা—অশেংবা মশক্তা লৈবা অথোইবা আত্মাহ সমাহিত — সমাধিগী (ধ্যানযোগগী) বিষয় ওই (মীহনা সমাধিদা মাগী অশেংবা মশক আত্মাবু শংশঙনা খঙবা ঙম্মি) ॥ ৭। (মতৌ অমুম্না)—জ্ঞানবিজ্ঞানতৃপ্তাত্মা—শাস্ত্রদগী ফংবা জ্ঞান অমসুং শংশঙনা ওইবা জ্ঞান অনীসিদগী পুক্নী নীংথিনা পেল্লবা জিতেন্দ্রিয় =ইন্দ্রিয়শিংবু খুহম চন্দুনা থম্লবা, (মরম অসিনা) কুটস্থ =মশাগী মওঙদা লেঙদনা লৈরবা, সমলোষ্টাশ্মকাঞ্চন —লৈতুম নুংদুম সনাদা মীৎয়েং চপ মান্নবা থম্লবা, যোগী=যোগীহবু যুক্ত ইতি উচ্যতে—ধ্যানযোগদা কাখৎলবা কৌই। ৮॥

**অপুনবা অর্থ** — মন, হকচা, অমস্তু, ইন্দ্রিয়শিংবু মশাগী মখা পোন্না থম্লবা অঙৗ, অশা অবানুংঙাইনচিংবদা অহুগা ঈকাইখুম্নবা অমসুং ঈকাই খুম্নদবদা চপ মান্নবা লৈরবা অমসুং পুক্নী

য়াম্না তপ্পবা মীতুগী অশেংবা মশক অথোইবা আত্মাহ সমাধিগী বিষয় ওই ।৭। মতৌ অস্মুয়া শাস্ত্রদগী ফংবা জ্ঞান অমসু, শংশঙনা ওইবা জ্ঞান অনৌসিদগী পক্লী, পেল্লবা ইন্দ্রিয়শিং খুতুম চন্না থম্লবা মশাগী মওঙদা লেঙদনা লৈরবা অমসু, লৈতুম, নুংদুম, সনাদা মীংযেং চপ মান্নবা যেংলবা যোগী অহুবু ধ্যানযোগদা কাখৎলবা কৌই ।৮।

অথুপ্পা রা

ধ্যানযোগী ওইনবা শ্রীভগবান্না তাক্লিবা বা পুম্নমকসি অরাযবা অমত্ত যাওদে। য়াম্না কন্না হোৎনরবতদা মহৈ খরদ যানবা উমগদবনি। মসিগী অভ্যাস তৌনীংবা মীনা খ্বাযদগী অহানবদা ফত্তবা লমচৎশিংবু থদোক্তুনা পুক্লী তপথনা লৈনবা হোৎনগদবনি। মসি ধ্যানযোগদা কখনবা অ-ানবা থাকনি। মরম অসিনা যমরাজনা নচিকেতাবু অস্মুমা তক্ষবি— "নাবিরতো দুশ্চরিতান্না শান্তো নাসমাহিত। নাশান্তমানসোবাহপি প্রজ্ঞানেনৈনমাপ্নুয়াৎ॥ (কঠ ১/২।২৩)— "ফত্তবা লমচৎপদগী মায় ওন্থোক্তবা তপ্পবা পুক্লী লেপ্পবা নত্রগা পুক্লী শাঙগৎপা মীনা শংশঙবা জ্ঞাননা মরম ওইতুনা আত্মতত্ত্বশিং খঙলোই" অহু ওইববদি মসিবু করম্না খঙগনি হায়বসিবু বৃহদারণ্যক উপনিষংনা অস্মুয়া তাক্লি—"শান্তো দান্ত উপরতস্তিতিক্ষু সমাহিতো ভূত্বাহত্মন্যেবাত্মানং পশ্যতি। (৪।৪।২৩) "পুক্লী তপ্পা ইন্দ্রিয়শিং থমচনব অপাম্না থাদোকপা অখাঙকনব অমসু পুক্লী ফাজিনবা ওয়্নবা মীনা পুক্লী মওংদা আত্মাবু উ । মরম অসিদা শ্রীভগবান্না ধ্যানযোগগী "জিতাত্মন প্রশান্তস্য বিশেষণ পীরিবনি। "শান্ত" (পুক্লী তপ্পা) কদাযবু কৌই হায়বসিবু অমৃতনাদোপনিষত্তা অস্মুয়া তাক্লি—

অন্ধবৎ পশ্য রূপাণি, শ্রুণু শব্দ বধিরবৎ।
কাষ্ঠবৎ পশ্য তে দেহং প্রশান্তস্যেতি লক্ষণম্ ॥ ১৫ ॥

"মীৎ তাঙবগুম্না রূপশিংবু ( মশক মওংশিংবু ) যেংউ নাপঙবগুম্না রা তাও নহাক্কী হকচাংবু উকংগুম যেংউ, মসি প্রশান্তগী ( পুক্লী তপ্পগী ) মশকনি।"

মতৌ অস্মুমা "সমাহিত" ( পুক্লী ফাজিনবা ) কৌরিনো হায়ব সবুও অস্মুম্না তাক্লি—

সম্যগাস্তিনোভূত্বা কুর্বন্ বাক্যেন্দ্রিয়ৈঃ ক্রিয়া।
ন বশো হ্যগোবাভাং স সমাহিত উচ্যতে॥

(অন্ন উ ১/৩৭)

"খুৎনচি বা কর্মেন্দ্রিয়শিংনা থবকশিং তৌহনা লৈরবসু অন্তরাত্মাদা ( মমু, চম্না লৈরিবা আত্মাদা ) পুক্লী চঙদুনা লৈবা অমসু, অবা-নুংঙাইবগী মখা পোন্দবা মীহুবু সমাহিত ( পুক্লী ফাজিনবা ) কৌই।"

অসিগুম্বা গুণশিংসি লৈবা মীনা অহানবদা শাস্ত্রদগী ফংবা জ্ঞান অমসু, মতুংদা যোগাভ্যাস তৌবদগী ফংবা শংশঙবা জ্ঞান অনৌসিনা পেন্দুনা লৈগনি। অহান্নদা শাস্ত্রদগী ফংবা জ্ঞানদি শংশঙবা ওইবা জ্ঞান

নত্তে, সুপ্ন।—"অয়মাত্মা ব্রহ্ম" (বৃ উ ২।৫।১৯)—"আত্মাসি ব্রহ্মনি।' "অস্তীত্যেবোপলব্ধব্য" (কঠ উ ৬।১ )— "ব্রহ্ম লৈ হায়বসিমক্ত খঙগদবনি।" "অস্তি ব্রহ্মেতি চেদ্বেদ পরোক্ষজ্ঞানমেব তৎ।" (বরাহোপনিষৎ ।৪।)— "ব্রহ্ম লৈ হায়না খঙলবদি মতৃ পরোক্ষ (শংশঙবা ওইদবা) জ্ঞাননি।" অদুগা— 'অহং ব্রহ্মাস্মি" ( বৃ উ ।৪।১ )—"ঐ ব্রহ্মনি।" অসুম্না খঙলবদি মহ শংশঙবা ওইবা জ্ঞাননি। 'অহং ব্রহ্মেতি চেদ্বেদ সাক্ষাৎকার স উচ্যতে।" ( বৃ উ ২।৪।১ )—"ঐ ব্রহ্মনি হায়না খঙলবদি মতুবু সাক্ষাৎকার (শংশঙবা ওইবা) জ্ঞান কৌই।" মতৌ অসুম্না ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌদুনা সাক্ষাৎকার ওইবদি মীহুনা সংসারবসিদা ব্রহ্ম নত্তবা পোৎ অমত্ত উদে যেংউ যেংউবা পোৎশিংদা স ব্রহ্মমক্তবু উ । মরমদি পোৎ পুম্নমক সৎ (লৈ) হায়না লৌনরিবা অদুদা সৎ (লৈবা) অহ ব্রহ্মগী মশক্তি। ব্রহ্মদি সচ্চিদানন্দ স্বরূপনি। অসিগুম্না ব্রহ্মগী মশক সৎ (লৈবা) পোৎশিং অদুদগী লৌথোক্লবদি করিগুম্না অমত্ত লৈতেদে সুপ্না মঙগী পোৎশিংগী মতৌগুম্না উবদনি। শ্রুতিশিংনা অসুম্না তাক্লি—"সর্ব্বং খল্বিদং সর্ব্বং" (ছা উ ৭।২৫।২)—"পুম্নমকসি আত্মামক্তনি।" "আত্মৈবেদং সর্ব্বম্ (ছা উ ৭। ৫।১)—"পুম্নমকসি এমক্তনি।" "সর্ব্বং খল্বিদং ব্রহ্ম তজ্জলানিতি শান্ত উপাসিত।" ( ছা উ ৩। ৪।১ ) —"পুম্নমকসি লেপমক ব্রহ্মনি মরমদি মখোয়সি ব্রহ্মদগী পোকই ব্রহ্মনা মরম ওইদুনা লৈ অমসু মাঙবা মতমদা ব্রহ্মদা তিল্লী মরম অসিনা ব্রহ্মদগী অতাপ্না লৈতে খন্দুনা শান্তি তপ্না উপাসনা ( ধ্যানযোগ ) তৌ। ফীবমসিদা জ্ঞানী ওইবা যোগী অহনা করম তৌনা লৈতুম নুংদুম অমসু সনাদা খেন্নবা য়েংগনি? মরমদি ব্যবহারদা মখোয়গী খেন্নবা লৈববসু অশেংবা বিচারগী মীৎয়েংদদি মখোয়দা খেন্নবা লৈতে। উবা নাপী শী বী পুম্নমক অসি ব্যবহারদা খেন্নরবসু মখোয়সি লৈপাক্তগী পোকপা লৈপাক্তা মরম ওইদুনা লৈবা অমসু মাঙবা মতমদা লৈপাক্তা তিনবা মরম্না লৈপাক ওইনা মখোয়দা করিমত্ত খেন্নবা লৈতে মখোয় সুপ্না লৈপাকমক্তনি। মবম অসিনা মফম অসিদসু জ্ঞানীগী অশেংবা মীৎয়েংদা লৈতুম, নুংদুম অমসুং সনাদা খেন্নবা লৈতে হায়বনি অদুবু ব্যবহারদদি মখোয়দা খেন্নবা শোয়দনা উগনি। মরম অসিদগী শ্রীভগবান্না হায়রিবা ৱাসি ব্যবহারগী মীৎয়েংদা নত্তে, তৌইগুম্নসুং জ্ঞানীশিংদা ওইবা অশেংবা ফীবমগী মীৎয়েংদনি হায়বসি খঙগদবনি। শ্রুতিনসু অসুম্না হায়রি— রাগদ্বেষবিমুক্তাত্মা সমলোষ্টাশ্মকাঞ্চন। ( না প উ ৩।৩৪ )— "পুক্নীংদা অপাম মিহৌ লৈত্রবা জ্ঞানীগীদি লৈতুম নুংদুম সনা চপ মান্নৈ।" "দ্বৈতবর্জিতা সমলোষ্টাশ্ম কাঞ্চনা সর্ব্বভূতাত্মৈবেতি পশ্যন্তি।" ( ভিক্ষু উ ১ )—"অনীগুবা ওইনা লৈবগুম তৌরিবা জগৎপু উদ্রবা অমসুং লৈতুম, নুংদুম, সনদা চপ মান্ননা খঙলবা জ্ঞানীশিংনা মফম পুম্নমক্তা আত্মামক্তনি হায়বসি উই।৭, ৮।

জ্ঞান বিজ্ঞাননা পেন্দুনা লৈবা যোগীনা অচেতন লৈতুম, সনানচিংবা পুম্নমক্তা চপ মান্ননা যেংই ( উই ) তাক্লগা চেতন ওইবা মরূপ মপাং য়েক্লবনচিংবদসু ৱাখল অমত্তা ওইনা থম্বা যোগী অথোইবনি তাক্লি—

সুহৃন্মিত্রার্য্যুদাসীন মধ্যস্থ দ্বেষ্যবন্ধুষু ।
সাধুষ্বপি চ পাপেষু সমবুদ্ধির্বিশিষ্যতে ॥৯॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা**ঃ—(সুহৃৎনচিংবা অহানবগী পংক্তি অসি রাহৈ অমত্তনি, মহৃদা)—সুহৃৎ = মানা তৌবগী মহুৎ পামদবা মরূপ, মিত্রং = অমনা অমগী মতেং পাংনবা অমসুং নু শিনবা মরূপ, অরি = মরম লৈতনা য়েক্লবা মী, উদাসীন = অনীগী খংনবদা কনাগীসু মীচঙ ওইদবা মী, মধ্যস্থ = খংনরিবা অনীবু থেমজিন্দুনা তপথনবা হোৎনবা মী, দ্বেষ্য = য়েংথিনবা মী বন্ধু = শাগৈ নাতৈগী মী সাধুষু = শাস্ত্রনা তাকপা অফবা থবকশিংবু তৌবা মী, অপি চ = অহুগা, পাপেষু = শাস্ত্রনা থিংবা ফত্তবা থবক তৌবা মী মখোয পূম্নমক্কী মফমদা সমবুদ্ধি = কনানা করম তৌবনো য়েংদ খল্লনা চপ মান্নবা বাখল থম্বা যোগী বিশিষ্যতে = অথোইবনি ।৯॥

**অপনবা অর্থ**ঃ— মানা তৌবগী মহুৎ পামদবা মরূপ নু শিনহুনা অমনা অমগী মতে পা নবা মরূপ য়েক্লবা মী খংনবদা মীচঙ ওইদবা মী, খংনবা তাইশিন্নবা হো নবা মী য়েংথিনবা মী শাগৈ নাতৈগী মী, অফবা থবকশিং তৌবা মী অমসুং ফত্তবা থবকশিং তৌবা মী— অসিনচিবা থবায়পানবা পূম্নমক্কী মফমদা অপাম মিংৌ লৈতনা বাখল অমত্ত ওইনা থম্বা যোগী অহু অথোইবা যোগীনি ।৯।

অথপ্লা বা

অচেতন ওইবা পো শিংনা মনী তম্না কনা অমত্তবু অবা নু ঙাই পীদে মখোয়না অরা সুংঙাই পীবগুম উরিবা অহুসু বাখল লৈতবা মী শি গী মফমদনি বাখল লৈবা মীগী মফমদা নত্তে। মরম অসিনা যোগীনা মখোয়দা ব্রহ্মবুদ্ধি তৌহনা চপ মান্নবা মী য়েং থম্বহু অরাযবা অমা ওইনা থোকই। অহবু থবায পান্দুনা চেতন ওইনা লৈবশিংদি যোগীহুনা হিংহুনা লৈরিঙৈগী মতমদা কনানা মাগী মরূপ ওইবসু যাই কনানা য়েক্লবা অমসুং য়েংথিনবা ওইবসু য়াই কনানা মাবু অবাবা পীবসু যাই। ফীবম অসিদা যোগীনা মখোয় পূম্নমক্কী মফমদা চপ মান্নবা মীংয়েং যে হুনা বাখল অমত্ত ওইনা থম্বা বানা থোকপা তাই। মরম অসিদগী যোগী অহুনা পুম্নমকসিদা অপাম মিহৌ লৈতনা বাখল চপ মান্ননা থম্লবদি মহাক শোয়দনা অথোইবা ওইগনি। ফীবমাস য়োনবা হোংনবদা যোগী অহুসু যান্না অভ্যাস তৌবা তাই। মতৌ অসুম্না লৈবা যোগীগী মরমদা শ্রীভাগবত্তা অসুম্না হায়রি—

ন যস্য স্ব পর ইতি বিত্তেষ্বাত্মনি বা ভিদা।
সর্ব্বভূতসম শান্ত স বৈ ভাগবতোত্তম ॥ (১১।২।৫২)

'মীহুগী শেলথুমগী মরমদা ঐগীনি অমসুং অতোপ্পগীনি হায়বা লৈতবা, অহুগা আত্মাগী মরমদা খেন্নবা খংদবা মহুদগী থবায়পানবা পূম্নমক্কা চপ মান্নবা মীংয়েং থম্লবা অমসুং পুক্নীং তপ্পবা অহু ওইরবদি মহাক অহু ভক্তশিংগী মনুংদা অথোইবনি।

মসি জ্ঞানী অমস্তু, যোগী ওইবা ভক্তগী ময়মদা হায়বনি। অদুগা মখোযগী পুক্নিগী মরমদগী অসুম্না হায়রি—"য সম সর্ব্বভূতেষু জীবিতং তস্য শোভতে" (স, উ ২/৭৯)—"থবায় পাম্বা পুম্নমক্কী মফমদা বাকল চপ মান্নবা থম্বা যে গীদুগী পুন্সিচ য়াম্না নী থিজবনি।" মরম অসিনা অসুম্না লৈবা অসিমক হি না হি না ব্রহ্মদা তিন্দুনা মুক্ত ওইনা লৈবগী মওঙনি। মরমদি ব্রহ্ম মওঙ দোষ অমত্ত লৈতনা পুম্নমক্কা চপ মান্নবা লৈবনি—"নির্দোষং হি সমং ব্রহ্ম তস্মাদ্ ব্রহ্মণি তে স্থিতাঃ" (গীতা ৫/১৯)। মতৌ অসুম্না জীবন্মুক্ত ওইদুনা লৈবগী মওঙসিবু উপনিষত্তসু অসুম্না তাকলি—"সমত্তা চৈব সর্বস্মিন্নেতন্মুক্তস্য লক্ষণম্॥ (না প উ ৩/৫৪)—"পুম্নমক্কা চপ মান্নবা উবসি মুক্ত ওইবগী মওঙনি।" মসিদগী শ্রীভগবান্নসু অসিগুম্বা যোগীবু অখোইবা ওইনা তাকপনি।৯।

মতৌ অসুম্না ধ্যানযোগদা কাখৎলবা যোগীগী মওঙ অমসু মংগী মহৈ হায়রবা তুংদা যোগতত্ত্ববু তৌনী বা যোগীগীদমক মখাগী শ্লোক অসিদগী হৌদুনা "স যোগী পরমো মত" (৬/৩২) অসি ফাওবদা ধ্যানযোগ অমসু মদুগী পাম্বৈশিংবু তাক্লনি—

যোগী যুঞ্জীত সততমাত্মানং রহসি স্থিত।
একাকী যতচিত্তাত্মা নিরাশীরপরিগ্রহ ॥ ১ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — যোগী = ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌরিবা যোগীনা, নিরাশী = বিষয়ভোগকী অপাম খৌরাং থাদোক্লগা অপরিগ্রহ = যোগসাধন তৌবদা যৈথাযবা ওইগদবা পোৎশিংবু খোমজিনবা তৌদনা যতচিত্তাত্মা = পুক্নীং অমসুং হকচাংবু লাকশিন্দুনা যোগাভ্যাসগী মতীক চানা থম্লগা একাকী = মতোমদা রহসি স্থিত = অচীকপা মফমদা লৈদুনা সততম = অতৎপা লৈতনা আত্মানং = মনবু (পুক্নীংবু) যুঞ্জীত = ধ্যানদা থমগদবনি।১।

**অপূনবা অর্থ** — ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌরিবা যোগীনা বিষয়ভোগকী অপাম খৌরাং থাদোক্লগা অমসু যোগ সাধন তৌবদা যৈথায়বা ওইগদবা পোৎশিংব খোমজিনবা তৌদনা পুক্নীং হকচাংবু লাকশিন্দুনা থম্লগা মতোমদা অচীকপা মফমদা লৈদুনা অতৎপা লৈতনা পুক্নীংবু ধ্যান তৌবদা পুশিন্নগদবনি।১॥

**অথূপ্পা বা**

অচীকপদা লৈবা, সত্ত্বগুণ পোক্কদবা চীঞ্জাক চাবা তূমিন্না লৈবা, বিষয়ভোগ পামদবা ইন্দ্রিয় শিংবু লাকশিন্দুনা থম্বা অমসুং প্রাণবু কাজিন্দুনা থম্বা তরুক অসি মরু ওইনা মনবু (পুক্নীংবু) শেংদোক্নুনা ধ্যানযোগদা চঙশিনহন্নবা উপায়শিংনি। মদুদা "একত্তপোদ্বিবধ্যায়ী"— "তপ (তৌবসি) মথক্ত ভোগদবনি অমসুং অনী তিন্নরগা লাইহিক ঔরাইগদবনি" হায়বা পাউরোগী মতুং ইন্না অচীকপা মফমদা মত্তোমদা ফম্লগা ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌরবদি থুনমক মহয় য়াম্বা

য়াই মরম অসিনা উপনিষত্তসু অস্নুম্না তাকলি—"একাকী চিন্তযেদ ব্রহ্ম মনোবাক্কায় কর্ম্মভিঃ" (না প উ ৩/৭)—"নতোমদা পুক্নী, ৱাহৈ, হকচা অমসু থবকশিংনা ব্রহ্মগী চিন্তন (ধ্যান) তৌগদবনি।" মসিগী মনু চনবা অর্থদি অসিনি ধ্যান তৌবদি মনগী মথৌনি অহুবু মননা ধ্যান তৌবা ঙমনবা ৱাহৈ অমসু হকচাবু শীজিন্নদ্রবদি অহুগা থবক তৌদ্রবদি কনা অমত্ত ধ্যানগী মহৈ ফবা ঙম্মোই। মরম অসিনা ৱাহৈনা অথুম্বা কাম্নবা অমসু সত্য ওইবা (অচুম্বা) হায়গদবনি যাম্নসু ঙাঙলোইদবনি হায়দবা য়াদবতা ঙাঙগদবনি ঙস্ব মথৈ তুমিন্না লৈগদবনি হকচানা শেংনা লৈগদবনি, নত্রবদি পুক্নী মকা লাম্বা য়ারোই অহুগা থবক্না ধ্যানগী মতীকচাবা অহত্তা তৌগদবনি নত্রবদি ধ্যান তৌবা য়ারেই। মসিদা মীনা মশাগী মশক ওইবা ব্রহ্মগী ধ্যান তৌবা ঙমদ্রবসু মানা পাম্বগী মতু ইন্না নীংনীংবা শ্রীকৃষ্ণ-চন্দ্রনচিংবা লাইশিংগী ধ্যান তৌনবা হোংনগদবনি। মতৌ অস্নুম্না মওঙ লৈবা লাইগী ধ্যান তৌবদা অভ্যাস নীংথিনা ওইরব্রবদি মশাগী মশক শ শঙনা খঙনবা আত্মাগী ধ্যান তৌবদসু মতীক (শক্তি) ফংলক্কনি। ১ ।

মতৌ অস্নুম্না অংানবদা ধ্যানযোগগী মনু অমসু মপানগী পাম্বৈশিংবু শম্নপ্না তাব্রগা হৌজিক অমুক শুগাইনা তাকে হায়বগীদমক শ্লোক অনীনা মপানগী পাম্ব আসনগী মরমদা অস্নুম্না হায়রি—

শুচৌ দেশে প্রতিষ্ঠাপ্য স্থিরমাসনমাত্মন ।<br>
নাত্যুচ্ছ্রিতং নাতি নীচ চৈলাজীনকুশোত্তরম্ ॥ ১১ ॥<br>
তত্রৈকাগ্রং মন কৃত্বা যতচিত্তেন্দ্রিযক্রিয ।<br>
উপবিশ্যাসনে যুঞ্জ্যাদ যোগমাত্মবিশুদ্ধযে ॥ ১২ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — শুচৌ—মহৌশানা নত্রগা তৈথোক খোত্তোক্নুনা শেংবা দেশে—অকি অখঙ লৈতবা অমসু লৈতেম মাম্নবা অচীকপা মফমদা ন অতি উচ্ছ্রিত—থোইদোক্না ৱাংদবা, ন অতি নীচ = অহুগা থোইদোক্নসু নেমদবা চৈলাজীনকুশোত্তরম—মথং মনাও নাইনা অহানবদা কুশ কৌবা নাপীনা শাবা ফক মচা (লাই খুরুমফক), মহুগী মথক্তা শজি নত্রগা কৈগী অমোনবা মতু যাওবা মউন (মৃগ চর্ম্ম) অহুগা মহুগী মথক্তসু অথোংপা ফি থাব্রবা, স্থিরম=লেঙদবা আত্মন আসনং=মশাগী (অতোপ্পগী নত্তবা মশামক্কী) আসন (ফম্ফম), প্রতিস্থাপ্য=নীংথিনা থাব্রগা। ১১। তত্র আসনে=আসন অহুদা, উপবিশ্য—ফমদুনা, একাগ্রং মনং কৃত্বা=পুক্নীবু লেপ্না (লেঙদনা) থম্নগা, যতচিত্তেন্দ্রিয়ক্রিয়—পুক্নী অমসু ইন্দ্রিয়শিংগী বৃত্তিশিংবু (মপানগী পোংশিংবু নীংলিবা অমসু লোয়িবা মওঙশিংবু) ফাজিল্লবা মীহুনা, আত্মশুদ্ধয়ে—অন্ত করণ (থম্মোয়) শেংনবগীদমক, যোগং যুঞ্জ্যাৎ=ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌগদবনি। ১২।

**অপুনবা অর্থ** — অশেংবা মফমদা থোইনস্থু বাংদবা অতুগা থোইনস্থু নেমদবা মফমদা অহানবদা কুশগী যক মতুগী মথক্তা শজি নত্রগা কৈ মউন অতুগা মতুগীস্থু মথক্তা অমোনবা ফি থারগা লেঙদবা আসন মশামক্কী থারগা ৷ ১১ ॥ আসন অতুদা ফমদুনা পুক্নীংবু লেঙদনা থম্নগা পুক্নীং অমস্থুং ইন্দ্রিয়শিংবু মপানগী পোৎশিংদগী ফাজিল্লবা মীতুনা থম্মোয় শে নবগীদমক ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌগদবনি ॥ ১২ ॥

## অথুপ্পা বা

ধ্যান নত্রগা উপাসনা ৮াযবসি অতোপ্পা পোৎশিংবু থাদোক্তুনা অনী লোঙদবা পুক্নীংবু নীংনীংবা লাই অতুদা ঙস্ন মখৈ কুইনা থম্নি। মসি ফম্না যম্না তৌরবতদা নীংথিনা ওইবা য়াই। চৎনা চ না কদোওঁদস্থু ধ্যান তৌবা যারোই, পুক্নীং শোযদনা চোইগনি অতুগা লেপ্তুনস্থু তৌবা যাবোই। মরমদি লেপ্পবা হোৎনবদা শোযদনা পুক্নীং চঙগনি লেপ্পবা হোৎনত্রবদি ধ্যান তৌবা ৮ৌবমক্তদা কাউথোকখিতুনা শোযদনা তুগনি। মতৌ অস্থুম্না হীপ্তুনা ধ্যান তৌবস্থু য়ারোই তুম্নী বনচি বা শোয়দনা লাক্কনি। মরম অসিনা বেদান্তদর্শনদা অস্থুম্না হায়রি— আসীন সম্ভবাৎ (৪। ১৭)—"ফমদুনতা ধ্যান নত্রগা উপাসনা তৌগদবনি মরমদি মতুতদা নীংথিনা তৌবা যাই।" মতৌ অস্থুম্না ফমদুনতা ধ্যান তৌফম থোক্লবদা মফম কদাযদা (করম্না মফমদা) অমস্থুং করিদা ফমগদগে হাযবসি শ্রীভগবান্না তাক্লিবনি। অতুবু বেদান্তদর্শনগী মতুং ইন্নদি মফম অমস্থুং মতমগী মরমদা থোইদোকপা নিযম লৈতে পুক্নীংনা পাস্না মফম অমস্থুং মতমদা হেক্তা ধ্যান তৌবা যাই— যত্রৈকাগ্রতা তত্রাহবিশেষাৎ" (৪। ১। ১ )—"করিগুম্বা মফম অমস্থুং মতমস্থু ওইসন্নু মতুদা পুক্নীং লেপ্পা যারবদি মতুমক্তদা (মফম অমস্থুং মতম অতুমক্তদা) ধ্যান তৌগদবনি মরমদি মতুগীদমক থোইদোকপা অরেপ্পা লৈতে।" অতুমক ওইতুনস্থু পুক্নী না পাস্না মফমদি শোয়দনা ওইবা তাই মরম অসিনা "অশে বা মফম" হাযবনি অশেংবা মফম নত্রবদি মহুদা ফমদুনা পুক্নীংনা ধ্যান কদোওঁদস্থু তৌনী লোই। শ্রুতিনস্থু অস্থুম্না হায়রি— মনোহনুকুলে ন তু চক্ষুপীড়নে" (শ্বেত উ ২। ১ )—"পুক্নীংনা পাস্না অমস্থু মীৎ নাদবা মফমদা ধ্যান তৌগদবনি।" অতুগা করিদা ফমগদগে হাযবসিগী মরমদা শ্রীভগবান্না তাক্লিবা অসিদি য়াম্না থুপ্পা বিজ্ঞানগী রানি। মতম পুম্নমক্তা পৃথিবী অসি মাগী মথক্তা লৈবা পোৎশি বু য়াম্না কন্না চিংশিন্নুবা লৈ অতুগা মাগী অঙ্গং অশানচিংবা মগুন পুম্নমকপুস্থু শম্নরিবা পোৎশিং অতুদা পী। মতুদগী পোৎশিং অতুদা মতুগী প্রভাব (ময়াই—শক্তি) ওইবা মরম্না পোৎশিং অতু মখোয়গী মহৌশা ওইবা ফীবমদা লৈবা ঙমদবা শোয়দবনি। মতৌ অতুম্না হকচা অসিস্থু পৃথিবীগী প্রভাবতগী মাগী হৌনশা ওইবা ফীবমদা লৈবা য়ারোই। মরম অসিনা ধ্যান তৌবা মতমদা হকচাংবু পৃথিবীনা চিংশিনবা অমস্থু হকচাংদা মাগী অঙ্গং অশানচিংবা লাকপতু কোকহনগে হায়বগীদমক আসনগী মওঙ তাকপনি। যোগদর্শনদস্থু অস্থুম্না হায়রি— "ততো দন্দ্বানভিঘাত." (২। ৪৮)— "মতুদগী

অঙৈং-অশা নচি বা লোন্নবা লৈবা পুম্নমক কোকই।" শ্রীভগবান্না হায়রিবা আসনগী মওংদি অসিনি। উপাক্লা মখোঙ নাইবা শাবা থোইনস্থ রাংদবা অমসুং থোইমস্থ নেমদবা খরা পাক চাউবা ফালগী মথক্তা কুশনা শাবা ফক মতুগী মথক্তা মৃগচর্ম্ম নত্রগা কম্বল অতুগা মতুগী মথক্তুম্ভ অমোমবা অথোংপা ফি অমা থাগদবনি। মতুদা ফমদুনা ধ্যান তৌরবদি যাম্না খুদা চাগনি অমসুং প্রভাবস্থ লাকপা ঙম্মোই। উপাক্লা শাবা ফক যাওদনা লৈতেম মান্নবা লৈপাক্তা মথক্তা হায়রিবা কুশনা শাবা ফকনচি বা থারগা মতুদা ফমদুনা ধ্যান তৌরবস্থ হকচা দা অ ক হাক্লা পৃথিবীগী প্রভাব লাক্লোই মরমদি কুশগী ফক অমসং মৃগচর্ম্ম নত্রগা কম্বলদা পৃথিবীগী প্রভাবপু থি বা ঙম্বা অকনবা শক্তি লৈ। অতুগা মতুদা ফম্বা অতুস্থ খোঙ অমসু, হকচা গী অতোপ্পা কায়াংশিংদা অনাবা পোক্তনা অমসু, ধ্যান তৌরিবৈংগী মতমদা নুংঙাইনা লৈবা য়াবা ফীবমদা ফমগদবনি। মরম অসিনা যোগদর্শনদস্থ হায়রি—"স্থিরসুখমাসনম্" (২।৪৬)—"লেংদনা নুং ঙাইবা ওইবা হকচা গী ফীবম আসন নি।" যোগ শাস্ত্রদা পদ্মাসন সিদ্ধাসন স্বস্তিকাসন অসিনচি বা আসন মখল য়াম্না লৈ। অতুবু মখোংশি চুবু অভ্যাস তৌতুনা অস্তানবদা সিদ্ধ তৌবা তাই। আসনশিং অতুদা ফম্বদা যামদ্রবদা পুং অম-রোম হকচা দা অনাবা করিমত্ত পোক্তনা (যাওদনা) নুংঙাইনা ফম্বা ঙম্নবদি আসন অতু সিদ্ধ ওইরে হায়না খঙগদবনি। সিদ্ধ ওইদনা আসনশি অদদা ফমদুনা ধ্যান তৌগ ঙৌংনরবদি অরেম্বদা তাগনি। মতম খজিক্ত গী মনুং দা খোঙ নচি বা নাবক্তনা ধ্যান তৌবদা পুক্তী শৃকচঙ চঙবা য়ারোই। মরম অসিনা ধ্যানযোগ তৌনী বা অচম্বা মীনা মানা হান্দগী অভ্যাস তৌ না লৈরিবা খোংগ্রাই চন্না ফম্বতু তৌরগা ধ্যান তৌনবা হোৎনগদবনি ॥ ১, ১২ ॥

ফম্বতুদা হকচাংব করম্না থমগদগে অমস্থু করম করম্বা নিংমশিং চাক্তনা ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌবা তৌনি হায়রবসি শ্লোক অনীনা তাক্লি—

> সমং কায়শিরোগ্রীবং ধারয়ন্নচলং স্থির ।
> সংপ্রেক্ষ্য নাসিকাগ্রং স্বং দিশশ্চানবলোকয়ন্ ॥ ১৩ ॥
> প্রশান্তাত্মা বিগতভীর্ব্রহ্মচারিব্রতে স্থিত ।
> মন সংযম্য মচ্চিত্তো যুক্ত আসীত মৎপরং ॥ ১৪ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — স্থির =ধ্যানযোগ শোয়দনা তৌগে লেপ্লবা মীহুনা, কায়শিরোগ্রীবং = হকচাংগী মযায়গী শরুক (পুন্দগী ঙকশম মথা ফাওবা) কোক অমসুং ঙকশমবু, সমং—চপ চা না (করিমত্তা কোম্বদনা) অচল —লেংঙ ওংপা তৌদনা (করিগত্ত লেংদনা) ধারয়ন— থম্লগা স্ব নাসিকাগ্র —মশাগী নাতোন মাত্তোনবু স প্রেক্ষ্য—য়েংতুনা (মীৎপু য়াম্নস্থ পাঙথোক-তবা অমস্থ শাম্নস্থ উইশিন্দনা থমতুনা) দিশ চ=অতুগা মায়কশিংদা (কোয়েং কোয়ে) অনবলোকয়ন—য়ে বা তৌদনা। ৩॥ প্রশান্তাত্মা=থম্মোয়বু (পুক্লীংবু) য়াম্না ঙপ্না থম্লগা বিগতভী =অকি-অখ করিমত্ত লৈতনা ব্রহ্মচারিব্রতে স্থিত —ব্রহ্মচারীগী লমচৎ চত্ত না লৈরগা

মন সংযম্য=পুক্নীংবুসু মপান্থোংগী পোংশি দগী লাকশিন্দুনা মচ্চিত্ত=মওঙ লৈবা ওইরবসু নত্রগা মওঙ লৈতবা ওইরবসু সচ্চিদানন্দ ব্রহ্মগী মশক ওইবা ঐঙোনাক্তদা (শ্রীকৃষ্ণমক্তদা) পুক্নীং থিংজিল্লগা মৎপর—কৃষ্ণ ঐমকপু খ্বাযদগী থোইনা নুংশিকম আন্নানি লেপ্পুনা, যুক্ত আসীত=ধ্যানযোগগী (সবিকল্প সমাধিগী) অভ্যাস তৌনবা ফমাংদবনি ॥১৪॥

**অপুনবা অর্থ** —ধ্যানযোগ শোয়দনা তৌগে লেপ্লবা মীত্থনা থম্মোয়বু (পুক্নীংবু) যাম্না তপ্না থম্লগা অকি অথং লৈতনা ব্রহ্মচারীগী তৌবা তৌনবা লমচৎ পুম্নমকপু ঙাক্তনা পুক্নীবু লাকশিল্লগা হকচাংগী মযায়থ বা শক্তক ভকশম অমসু কোকপু চপতিংনা লেংদনা থমত্থনা মশাগী নাতোন মতোনবু যেংথুনা অতোপ্পা মাযাক্কশি দা যে বা তৌদনা (কোযে কোযে য়েংবা তৌদনা) ব্রহ্মগী মশক ওইবা কৃষ্ণ ঐাক্তদা পুক্নীং থিংজিন্না কৃষ্ণ ঐাক্তবু খ্বায়দগী থোইনা নুংশিকম আন্নানি লেপ্পুনা ধ্যান যগগী অভ্যাস তৌনবা ফমাংদবনি ॥১৩ ১৪॥

অথপ্পা বা

কনাগুম্বা মী অমনা করিগুম্বা থবক অমা তৌগা লপ্নবদি মমনা অহানবদা থবক অহুগী মরু ক ওইবা পাম্নশিংবু খোমজিনবা তাই নম্রবদি থবক অহু পাঙথোকপা ঙম্মাই অহুগা মমশিং খোমজিন্দুনা থবক তৌরবা মতুংদা অব পা পাম্নশিং বুসু খামজিন্নগা থবক অহু লোইনা মপু ফানবা তোঙই। পাম্ন লৈতবা অমসু নাংদনা কনা অমত্তসু থবক পাঙথোকপা ঙমদে। মতৌ অহুগুমদুনা কনাগুম্বনা ধ্যান যাগ তৌগা লপ্লবদি অহুগী মরু মরু ওইবা পাম্নেশিংবু হাম্না খোমজিনবা তাই নম্নবদি মান কনা মসু ধানয়া তৌবা ঙম্মই। মসিগী মরু ওইবা পাম্নশিংদি—থম্মোয় থোননা মকাম্পান্না থম্না অকিঅ চিংনবনচিংবা লৈতবা মপান্থোংগী পোংশি দা য়াম্না অপামিথী থমদবা অমসু পুক্নী লাকশিনা ব্রহ্মচারীগী লমচৎ চত্থনা লৈবা অসিনচিবনি। মসিশিংসি অহানবদা লৈতনা ধ্যান যাগ তৌগে হোননবা মী অমম্বদা তাগনি। পাম্নে য়াওদনা থবক তৌগা হোংনবা মী করম্না মাং যানবা ঙমগনি? মরম অসিনা থম্মোই তপ্না মকা লাম্না থম্নবগীদমক অক্ষবা থবকশিং তৌগদবনি অকি অথং চিংনবনচিংবা লাক্তনবা অতোপ্পগী মক্কমদা নী থিবা ব্যবহার তৌগদবনি চুমদবা থবক তৌরোইদবনি নী থিবা ব্যবহার তৌদ্রবদি অমসুং চুমদবা থবক তৌরবদি পুক্নীংদা শোয়দনা অকি অথং চিংনবনচিংবা শোয়দনা লাক্তনি। পুন্সি নীংথিনা লেম্নবা অমসুং ঈমু মনুংদা মথাপোন্না লৈরিবা অহল লম্মন, অডাংনচিংবসু নীংথিনা য়োকথাক্লবা সংসারগী পোংশি বু তানশিল্লবসু মহু তৌবা মাগী মথৌনৌদা থন্দুনা তানশিন গদবনি মহুদা মাগীনি থন্দুনা অপাম মিহৌ তৌরোইদবনি। অদুগা পুক্নীং লাকশিন্না ব্রহ্মচারীগী লমচৎ চৎপদি যুম্বান্দুনা লৈরবসু মুপী নহাশিংগা তোয়না শম্নদবা অমসু ক্রিয়াযোগ তৌবনি। যোগদর্শনদা ক্রিয়াযোগ করিনো হায়বসিবু অসুম্না তাক্লি—"তপঃ স্বাধ্যায়েশ্বরপ্রণিধানানি ক্রিয়াযোগঃ" (২।১)—"তপ, স্বাধ্যায় অমসুং ঈশ্বরপ্রণিধান অহুমসি তৌবা ক্রিয়াযোগনি।"

একাদশীব্রত তৌবা নুমি খুদিংগী চরা নামতা চাদুনা লৈবা অসিনচিংবা ককচা, অমসুং ইন্দ্রিয়শিংবু তপ থনা থমুবা উপায়শিং তপ-নি। নীংনীংবা লাই শ্রীকৃষ্ণনচিংবগী নাম নত্রগা মন্ত্র জপ তৌবা গীতা উপনিষংনচিংবা লাইরিকশিংগ পাহুনা খঙনবা হোংনবা অমসু মহুগী মতুং ইন্না চংপা ঙমুবা থবক তৌবসি স্বাধ্যায নি। অহুগা তৌবিবা থবক পুম্নমক ঈশ্বরদা ক থোকপা অমসু পুক্নী চঙনা মাগী পূজা তৌবনচিংবা ঈশ্বরপ্রণিধান নি। মতৌ অসুম্না মরূ ওইবা পাঙ্গৈশিংবু তৌরবদি পুক্নীং শেংদোকখিহুনা ধ্যানযোগ তৌনবা মতীক ওই। যোগদর্শনদসু অসুমনা হায়রি—
"সমাধিভাবনার্থ ক্লেশতনুকরণার্থশ্চ" (২।২)—"ক্রিযাযোগ অসি ধ্যানযোগগী মশক ওইবা সম্প্রজ্ঞাত সমাধি সিদ্ধ তৌনবা পাঙ্গনি অমসু সংসারগী মরম ওইবা লৈরবা অবিদ্যা (অজ্ঞান) নচিব ক্লেশশিংবু (অরাবা পী নবা মরমশিংব) কৃশ পি ক শীক্না থমুবগীদমক্নি। মতৌ অসুম্না মরূ ওংনা অথাইবা পাঙ্গৈশিংসি লৈরবা মতুংদা ধ্যানযোগ তৌবা যোগদবনি মহুদগী অতোপ অতোপ্পা পাঙ্গৈশিংবুসু খোমজিনবা ধ্যানযোগ সিদ্ধ নি। মুক্তিকোপনিষত্তসু মসিগী মরমদা অসুম্না হায়রি—

ব্রহ্মাকারমনোবৃত্তি প্রবাহোঽহংকৃতিং বিনা।
সংপ্রজ্ঞাতসমাধিঃ স্যাদ্ ধ্যানাভ্যাসপ্রকর্ষতঃ ॥ (২।৫৩)

"অহংকার যাওদনা (ঐ হায়বা জ্ঞান লৈতনা) ব্রহ্মগী মও ওইনা মনগী বৃত্তিগী (পক্নী ওঙ্গবা মশক্নী) তত্তবা ঈচেল অহু সংপ্রজ্ঞাত সমাধিনি মসি ধ্যানযোগী অভ্যাস তৌবা মপং কাররদা ওই।"

মসিদা কনাগুম্বনা নিরাকার ব্রহ্মগী ধ্যান তৌবা ঙমদদুনা সাকার ব্রহ্মগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণনচিংবগী ধ্যান তৌরবসু শ্রীকৃষ্ণনচিংবগী মওঙ ওংনা ওঙ্গহুনা লৈরিবা পুক্নীংগী তত্তবা ঈচেল অহুসু সংপ্রজ্ঞাত সমাধি নি। মরম অসিনা ধ্যানযোগ তৌনীংবা মীনা শ্রীভগবাননা তাক্লিবা নিয়মশিংগী মতুং ইন্না ফমদুনা মসিগী অভ্যাস তৌগদবনি মহুক্কী মচু যানগনি। ১৩-১৪॥

লৌকিক সংপ্রজ্ঞাত সমাধিগী অভ্যাস তৌহুনা ফম্লিবা যোগী অহুগী করি মচু ফংগনি হায়বসি তাক্লি—

যুঞ্জন্নেবং সদাত্মানং যোগী নিয়তমানসঃ।
শান্তিং নির্ব্বাণপরমাং মৎসংস্থামধিগচ্ছতি ॥ ১৫॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা:**— এবং—মতৌ অসুম্না মথক্কা হায়খ্রিবা নিযমশিংসিগী মতুং ইন্না ফম্নগা আত্মানং—মনবু পুক্নীবু), সদা যুঞ্জন্= মতম পুম্নমক্তা সমপ্রজ্ঞাত সমাধিদা থম্নবা নিয়ত মানস=মরম অহুদগী পুক্নী লেঙদ্রবা (অসংপ্রজ্ঞাত সমাধি য়োৎরবা), যোগী=ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌবা মী অহুনা শান্তি—শান্না তম্না (অরাবা মচেং অমত্ত য়াওদনা মুংঙাইবগী মশক ওইবা), নির্ব্বাণপরমাং—অথোইবা মোক্ষ (কৈবল্য মোক্ষ) ওইবা, মৎসংস্থাং=ঐগী খুৎমবু

(সাক্ষাৎ পরমব্রহ্মগী মশক ওইবা কৃষ্ণ ঐগী ঈশকমকপু), অধিগচ্ছতি= নীথিনা ফং-ই (পরব্রহ্মদা তিল্লী) ॥ ১৫ ॥

**অপুনবা অর্থ** — মথক্তা হায়খ্রিবা নিযমশিংসিগী মতুং ইন্না ফন্নগা মনবু মতম পুম্নমক্তা সম্প্রজ্ঞাত সমাধিদা থম্লবা অমসুং মতম্গী অসম্প্রজ্ঞাত সমাধি য়ৌরবা যোগীংনা কৃষ্ণ ঐগী থবম ওইবা যাম্না তপ্লবা মুংডাইবগী মশক ওইবা অথোইবা মোক্ষবু ফংই ॥ ১৫ ॥

## অথুপ্পা বা

মনগী বৃত্তিশিংবু (পূর্ক্লীংগী মওডশিংবু) ফাজিন্দুনা থম্বগী মশক ওইবা যা হায়বদি সমাধি অসি সম্প্রজ্ঞাত অমসুং অসম্প্রজ্ঞাত খেন্নবদগী অনীথোক্লা থায়রি। মসিগী মরমদা চম্না হায়ববদি— ধ্যাতা (অনীংবা মী) ধ্যান (মীংবগী মশক ওইবা থবক) অমসুং ধ্যেয় (নীলিবা হীরম) অহুমসিতমক খঙবা অমসু মতুদগী অতোপ্পা অমত্ত খঙদবা মনগী ফীবম অহুম্ সম্প্রজ্ঞাত সমাধি কৌই। অহুগা ধ্যাতা অমসু ধ্যান অনীসিগী খঙবা থাদোক্লনা ধ্যেয়মক্তগা নীলিবা হীরম অহুমক্তগী জ্ঞান লৈহৌরবদি অসিগুম্বা মনগী ফীবমবু অসম্প্রজ্ঞাত সমাধি কৌই। অনীসিবু সবিকল্প অমসু নির্ব্বিকল্প নত্রগা সবীজ অমসুং নির্বীজ সমাধি হায়নসু কৌনৈ। মরমদি— সম্প্রজ্ঞাত সমাধিদা অহুমথোক্লা জ্ঞান লৈ মতুদগী মহাক সবিকল্পনি (মথল লৈনা খঙবা— বিকল্পনি অহুগা মতু য়াওনা লৈবা— সবিকল্পনি) অহুগা অসম্প্রজ্ঞাত সমাধিদা মথল অহুমথোক্লা জ্ঞান লৈতে, সুপ্না ধ্যেয়গী জ্ঞান অমত্তং লৈ মরম অসিদগী মহাক নির্ব্বিকল্পনি। মতৌ অমুম্না সম্প্রজ্ঞাত সমাধিদা পোকপা শিবা নাইনা লৈগদৌবা সংসারগী মরু (বীজ) ওইবা অজ্ঞান (অবিদ্যা) মাঙদনা লৈ মরম অহুদগী মহাক সবীজনি অহুগা অসম্প্রজ্ঞাত সমাধিদা আত্মাগী অশেংবা মশক পরব্রহ্মবু শংশঙনা খঙবা মরমদগী সংসারগী মরু ওইবা অজ্ঞান মাঙখি মসিদগী মহাকপু নির্বীজ সমাধি হায়নসু কৌরিবনি। হায়রিবা নির্বীজ সমাধিসি মোক্ষবু পামহুনা তৌবা সমাধিগী মরমদনি, সংসারগী পোংশিংবু পামহুনা তৌবা অসম্প্রজ্ঞাত নত্রা নির্ব্বিকল্প সমাধিগী মরমদা নত্তে মতুদদি সংসারগী মরু ওইবা অজ্ঞান শোযদনা লৈগনি মতুদা তৌবিবা সমাধি অহুদি অপাম্বা পোৎ ফংনবগীদমক মতু পীবা ঙম্বা দেব নত্রগা দেবীগী ধ্যান তৌবদনি মশাবু খঙনবগীদমক অজ্ঞান মাঙনবা তৌবা নত্তে। মরম অসিনা মতু নির্ব্বিকল্প ওইরবসু নির্বীজ নত্তে সবীজনি। মসিগী মরমদি— আত্মাগী অশেংবা মশক খঙদববু মফমসিদা অজ্ঞান হায়বনি, অতোপ্পগী অজ্ঞানবু হায়বা নত্তে। অসিগুম্বা আত্মাগী অজ্ঞান অসিদি আত্মাবু অশেংবা শংশঙনা খঙবা নত্তনা অতোপ্পগী জ্ঞানদগী মাঙদে সুপ্না আত্মাগী জ্ঞানদগী অজ্ঞান অতু মাঙগনি। মরম অসিনা সংসারদগী নাম্থোকপা পাম্বা মীনা সংসারগী পোৎ ফংনীংদুনা যোগাভ্যাস তৌনবা হেংৎনরোইদবনি সুপ্না মোক্ষ ফংনবগীদমকাহৌহোৎনগদবনি। ভগবান্ পতঞ্জলিনসু অমুম্না হায়রি— "তে সমাধাবুপসর্গাব্যুৎথানে সিদ্ধয়." (যো দ ৩।৩৭)— "সংসারদা মি চং থম্নীংবদগী (ফাওনী বদগী) তৌবা সমাধিদগী

ওইবা অতোপ্পগী পুক্নী‚গী ব্রা খণ্ডবা নাকো‚না অথাপ্পগী ব্রা তাবা অসিনচি‚বা পুম্নমকসি আত্মাবু শ শগনা খগনবা তৌবা সমাধিদা য়েক্নবা ঙাক্তনি মখোযবু পান্নবদি আত্মসাক্ষাৎকার ওইবা য়'দে ব্যবহারগী মতমদা মখোয়বু সুপ্পা সিদ্ধি নি হায়নবতনি। "তদ্বৈরাগ্যাদপি দোষবীজক্ষয়ে কৈবল্যম্" (যো দ ৩।৫ )— হায়রিবা সিদ্ধিশি‚সিবু পামদবদগী সমাধিদা আত্মসাক্ষাৎকার তৌরগা (আত্মাবু শ‚শ‍না খঙলগা) রাগ দ্বেষনচি‚বা (অপাম যে থিনচি‚বা) দোষ পুম্নমক্কী মরূ অবিদ্যা (অজ্ঞান) মাংত্রবদা কৈবল্যমোক্ষ (ব্রহ্মদা তিনবগী মশক ওইবা মোক্ষ) ওই। মরম অসিনা স প্রজ্ঞাত সমাধিগী মশক ওইবা সবীজসমাধি যৌবা ঙম্নবা যাওবদম্সু পেল্লোইদবনি নির্বীজ সমাধি যৌনবা কন্না হোৎনগদবনি। নির্বীজ সমাধিসিগী মওং যোগদর্শনদা অস্সুম্না হায়রি— "তস্যাপি নিরোধে সর্বনিরোধান্নির্বীজসমাধি (১।৫১)—"সবীজ ওইবা স‚প্রজ্ঞাত সমাধিবুস্সু থি‚লবদা স সারগী মরম ওইবা স‚স্কার পুম্নমক (মনদা লৈবা স‚সারগী অকুপ্পা রাখল পুম্নমক) থি‚বা মরমদগী নির্বীজ সমাধি ওই। মসি ধ্যানযোগীশি‚গী খ্বায়দগী হেন্না মু শিনফম ওইহনা ফ‚নকমনি। মসি ফ‚নী দনা ধ্যানযোগ তৌবদি অরেম্বনি। শ্রুতিনস্সু অস্সুম্না হায়রি—

প্রশান্তবৃত্তিক‚ চিত্ত‚ পরমানন্দদায়কম্।
অসংপ্রজ্ঞাতনামায়ং সমাধির্যোগিনাং প্রিয়।

(মুক্তি উ ১।৫৪)

'আত্মসাক্ষাৎক রগী মওং নত্তনা অতোপ্পা মওং পম্নমক লৈখিদ্রবা অমস্সু‚ অস‚প্রজ্ঞাত ‚‚নবা কৌবা মনগী মওংসি ধ্যানযোগীশি‚গী নু শিনফমনি।'

মসি য়ৌরবদা কৈবল্য মোক্ষ য ই হায়ব সবু শ্রুতিনা অস্সুম্না তাক্লি—

"তমাত্মস্থং যেহনুপশ্যন্তি ধীরা
তেষাং শান্তি শাশ্বতী নেতরেষাম

(কঠ ২।২।১৩)

"অথাং কন্দুনা ধ্যানযোগ ী অভ্যাস তৌরিবা মী শি‚হুনা থম্মোয়গী মন্নু‚দা লৈরিবা পর মাত্মাবু উই মখোয়হুগী লেগদবা শান্তিনি (মোক্ষনি) অতোপ্পশি‚গী নত্তে।

মরম অসিনা মোক্ষ ফ‚নী‚বা মীনা স‚সারগী অপাম মিহৌ থাদোক্লগা ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌকম থোকই ॥ ১৫ ॥

ধ্যানযোগগী মরু মরু ওইবা পাম্বৈশি‚ তাক্তুনা মহুগী মতু‚ ইন্না অভ্যাস তৌনবা কম্মু অমস্সু‚ মহুগী মহৈ মোক্ষ ফ‚গনি হায়রগা হৌজিক মরু ওইবা পাম্বৈশি‚হুগী মতে‚ পা‚গদবা অতোপ্পা পাম্বৈ চাব থকপ নচি বগী নিয়মবু শ্লোক অনীনা অস্সুম্না তাক্লি—

নাত্যশ্নতস্তু যোগোঽস্তি ন চৈকান্তমনশ্নতঃ ।
ন চাতিস্বপ্নশীলস্য জাগ্রতো নৈব চার্জ্জুন ॥১৬॥
যুক্তাহারবিহারস্য যুক্তচেষ্টস্য কর্ম্মসু।
যুক্তস্বপ্নাববোধস্য যোগো ভবতি দুঃখহা ॥ ১৭ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — অর্জ্জুন—হে অর্জ্জুন। অতি অশ্নত তু—যাম্না চাব্ থকলা তৌহুনা লৈবা মীগীদি যোগ ন অসি—ধ্যানযোগনচিংবা যোগ অমত্ত ওইদে চ—অহুগা একান্তং অনশ্নত = চাব থকপা শুকতৌ তৌদবা মীগীস্তু ন ( যোগ অস্তি )=যোগ ওইদে চ=অমসু, অতিস্বপ্ন শীলস্য=যাম্না তুমগনবা মীগীস্তু ন ( যোগ অস্তি )—যোগ ওইদে চ=অহুগা, জাগ্রত — শুক্কুম তুমদনা হৌহুনা লৈবা মীগীস্তু ন এব ( যোগ অস্তি )—যোগ শুকওই ওইদে ॥১৬॥ যুক্তাহারবিহারস্য—মরম অসিনা চা নাইনা চাব থকপা অমসু চংপা কর্ম্মসু=মা শোয়বগী থবক অমসুং পূক্নী শেংনবা নামজপ পূজা পাঠনচিংবা থবকশিংবু যুক্ত চেষ্টস্য=চাং নাইনা অমসু মতম চানা তৌনবা হোৎনরিবা যুক্তস্বপ্নাববোধস্য=মতম চানা অমসু মতীক চানা তুম্না অহুগা হৌগৎপা মীহুগী দুঃখহা—সংসারগী অবাবনু মাঙহনবা ওস্না যোগ ভবতি—যোগ ওই ॥১৭॥

**অপূনবা অর্থ** — হে অর্জ্জুন। যাম্না থক চাবা মীগীদি যোগ সিদ্ধ ওইদে। মতৌ অস্নুম্না থকপা চাবা ইতৌ তৌদবা যাম্না তুমগনবা ঈতম তুমদবা মীগীস্তু যোগ সিদ্ধ ওইদে ॥ ৬ ॥ মরম অসিনা চাং নাইনা চাব থকপা অমসুং চংপা অমা অশোয় অমসুং ধর্ম্মগী থবকশিংবু মতম চানা চা নাইনা তৌবা অহুগা চা নাইনা তুম্না অমসুং হৌবা মীগী, সংসারগী অরাবা মাঙহনবা ওস্না যোগ সিদ্ধ ওই ॥ ১৭ ॥

অথুপ্পা বা

চা নাইনা অমসুং মতম চানা মতীক চাবা পাস্নেশিংবু লৌহুনা অহুগা রৈখায়-থিনগাইবা লাক্কদবা থবক অমসুং পোংশিংবু থাদোক্কুনা কন্না হোৎনবসি থবকী মহৈ য়াম্নবা মরমনি, মসিদা কবিমত্ত চি নক্কম লৈতে। মতৌ অহুম্না ধ্যানযোগ তৌবা মীনা মহু সিদ্ধ ওইনবা হোৎনবদা রৈখায় থিনগায় তৌগদবা থবক অমসুং পোংশিংবু থাদোক্কদবনি। মহুদা রৈখায় থিনগায়বা তৌগদবা থবক অমসুং পোংশিংহু কবিনো, অহুগা তৌগদবা অমসুং লৌগদবনা কবিনো হায়বসি শ্রীভগবান্না শ্লোক অনীসিদা তাক্লি। যোগাভ্যাস তৌবা মীনা হকচাংগী শক্তি য়েংহুনা হকচাংদা নীংথিনা তুম্ব ওমগদবা অক্ববা চীঞ্জাক থবদ দা চাগদবনি। মহুদগী হেন্না চাববদি মহু তুম্ব ওমদহুনা মুংশিং কাবনচিংবা লায়না পোক্লক্কুনা হকচাং ফত্তবা মরমনা যোগাভ্যাস তৌবা ওস্নোই। মসি যোগাভ্যাস তৌবা মীদগীস্তু মত্তে, মীপুম খুদিংমক্কীনি, অহুমক ওইহুনস্তু যোগাভ্যাস তৌবা মীনা মসিগী মরমদা চেকশিন্না লৈগদবনি তাকপর্দান। মরমদি চাখি থকখিবা পোংশিংহু নীংথিনা তুমদবদগী পূক্নীংদা বুজ অমসুং তমোগুণ য়াম্না হেনগংবা লৈবা মরমদগী সত্ত্বগুণ পোকপা ওমদহুনা

ধ্যান তৌবা সূক্যা যারোই। অদুগা চৎ থকপা পুমথা থাদোক্লবসু অরাম খৌরাংবনা মরম ওইদুনা যোগাভ্যাস তৌবা য়ারোই। যোগাভ্যাস তৌবা মতমদা পুক নুংশিং কাহল্লোইদবনি, অরাম খৌরাংবসু লৈহল্লোইদবনি হকচাং চোকথহল্লোইদবনি অমসুং পুক্কী লাঙতক্লহল্লোইদবনি, মদুদগী ধ্যানযোগগী অভ্যাস নীংথিনা তৌবা ঙমগদবনি। মরম অসিদগী ভাষ্যকার শ্রীভগবান শঙ্করাচার্য্যনা শ্লোক অসিগী ভাষ্যদা শতপথ ব্রাহ্মণগী বাহৈ অমা অসুম্না ইবি— "যদু হ বা আত্মসম্মিতমন্নং তদবতি তন্ন হিনস্তি যদ ভূয়ো হিনস্তি তদ যৎ কনিয়ো ন তদবতি।"— "হকচাংগী পাঙ্গলগী মতুংইন্না চাং কায়দনা চারিবা মতীক চাবা চীঞ্জাক অদুনা হকচাংবু ঙাকই মনা হকচাং মাঙদে চ কাংহনা যাম্না চারবদি মদুনা হকচাং মাঙই অদুগা চাংদগী বা না চারবদি মদুনা হকচাংবু কন্দে (ঙাক্তে)।" মরম অসিনা যোগীনা কিনবা থক চবনি থক্ল চানবা কিব নত্তে" হায়বা পাউরো অসিবু থক কাউথোক্লোইদবনি। মসি কাউদনা মসিগী মতুং ইন্না চাব থকপা তৌদুনা যোগাভ্যাস তৌরবাদ লাহনা মহৈ যানবা য়াই। যোগীনা কযা য়াম্না চবা হৌনৈ হায়বসিবু অসুম্না তাক্লি—

আহারস্য চ ভাগৌ দ্বৌ তৃতীয়মুদকস্য চ।
বায়োঃ সঞ্চারণার্থং তু চতুর্থমবশেষয়েৎ ॥
(সং উ ২।৫২)

"যোগীনা কদোমৈঙেদসু পুক থন্না চারে ইদবনি পুক্কী শরুক অনী চীঞ্জাক্না থলহনগদবনি অহুমশুবা শরুক ঈশিংগীনি, অদুগা মরিশুবা শরুক্তি নুংশিংকী চংথোক চংশিন তৌনবা হাঙনা থমগদবনি।"

মরম অসিনা মশাগী শক্তি য়াংদুনা যোগীনা হকচাং সু শোন্থদনবা চাং নাইনা চাগদবনি। যোগীনা করম্বা পোৎ চাবা ফৈ অমসু যত্তে হায়বসিদসু যোগরসায়ণদা অসুম্না তাক্লি—

বসমম্লং তথা ক্ষারং বিদাহি কটুকং তথা।
ত্যক্ত্বা ভুঞ্জীত গোধূমং মুদগংবা তণ্ডুলং তথা ॥ ৬৭॥
ঘৃতং নবীনং সেহেত নিশায়াঞ্চ পয়ঃ পিবেৎ।
সৈন্ধবঞ্চাম্লমশীয়াৎ তথৈব মধুরং বসম্ ॥ ৬৮॥
এতদ্ধি যোগিনাং পথ্যং নাপথ্যং তু কদাচন ॥ ৬৯॥

"অশীনবা, অয়াকপা, অশাবা (মোরোকনচিংবা) অমসুং অথাবা বসশিংবু থাদোক্লগা গেহু (গণ্ডম), মুংগ অমসু চেঙনা শাবা (থোংবা) চিঞ্জাক চাগদবনি। অনৌবা ঘীবুসু চাকনচিংবদা থজিক্কং য়ানশিন্দুনা চাবা ফৈ, অদুগা সু দাংদা শঙ্গোম খরা থক্কদবনি, থুম অমসুং অথুম-অহাউদি য়াম্না চারোইদবনি। মসি যোগীশিংগী চাগদবা চীঞ্জাকনি, ফত্তবা চীঞ্জাকপুদি কদোমৈঙেদসু চারোইদবনি।"

অদুগা মসিদা ঈনশা, ওইনা মখল মখা অযাম্বা অশ বা মনা-মশী, অমসুং মহৈ মরোংসু চাগ দব নি হৈনগৎনদি চাবা ফত্তে। অদুগা য়াম্না তুম্বা অমসুং তুমদবা অসিসু ফত্তে। মু থিল তুমদনা অহিং দা পু তরুকলোমদি শোয়দনা তুমগদবনি। অহিং দ' পু ১ ১ ষ্টু রোম তাবদগী অযুক পু মরি মরিমখায তাবা ফাওবা তুম্বসি যাম্না ফৈ। মসিদগী হেন্না নত্রগা তানা তুম্বসি ফত্তে। অদুগা যোগভ্যাস তৌবা মীনা যাম্না চংপা অসিসু ফত্তে "ন গব্যাত্তং পবং গচ্ছেৎ" —নো মদা মাইল মঙা তরুক্তগী হেন্না চংলোইদবনি হায়বসি যোগশাস্ত্রদা তাকলি। মরমদি য়াম্না চত্তনা ৩কচা চোকথরবদি ধ্যান তৌবা ঙম্মোই। মতৌ অসুম্না হায়রিবা নিয়ম পুম্নমকসি ঙাক্তুনা ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌরবদি থুনমক মহৈ যানগনি। মরম অসিদগী অমৃতনাদোপনিষত্তসু অসুম্না হায়রি—

ভয়ং ক্রোধমথাহহলস্যমতিস্বপ্নাতিজাগবম্।
অত্যাহাবমনাহাবং নিত্যং যোগী বিবর্জয়েৎ ॥২৮॥

'অকিবা অশাউবা অতনবা যাম্না তুম্বা, ঈতম তুমদবা য়াম্না চাবা অমসুং ইচা চাদবা মসি পুম্নমকসিবু যোগীনা মতম পুম্নমক্তা শোয়দনা থাদোক্কদবনি।"

মতৌ অসুম্না ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌনী বা মীনা অযুক অঙনবদা হৌদুনা পরমাত্মাবু নীংশিংদুনা মাগী মিং (নাম) লৌরগা অমা, অশোয় অমসুং, চীন যা শেংদোক্তুনা ঈরু মায়থজরগা পক্নীং মকা লামনা ফমদুনা ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌগদবনি ।১৬ ১৭।

মতৌ অসুম্না অভ্যাস তৌবদগী পুক্নীং লেপ্তুনা সংপ্রজ্ঞাত সমাধি য়ৌরবা যোগীগী অসংপ্রজ্ঞাত সমাধি ফ বগী মওং তাকপহ্ শ্রীভগবান্না অসুম হায়না হৌরি—

যদা বিনিযতং চিত্তমাত্মন্যেবাহবতিষ্ঠতে।
নি স্পৃহঃ সর্ব্বকামেভ্যো যুক্ত ইত্যুচ্যতে তদা ॥১৮॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — যদা—মতম অদুদা, বিনিয়ত =সংপ্রজ্ঞাত সমাধিগী অভ্যাস তৌবদগী নীংথিনা লেপ্নবা (লেংঙদ্রবা) চিত্ত—রজ অমসুং তমোগুণ য়াওদ্রবা সত্ত্বগুণ ঙাক্তা ঙায়রবা পুক্নী, আত্মনি এব=ধ্যেয় ওইবা অশেংবা আত্মাগী মওংমক্তদা, অবতিষ্ঠতে—লেংঙদনা লৈ, তদা—মতৌ অসুম্না মপাম্মোংগী বৃত্তি পুম্নমকপু ফাজিন্দুনা লৈবা মতম অদুদা, সর্ব্বকামেভ্য —সংসারগী অফংফংদ পোৎ পুম্নমক্তগী নি স্পৃহ =অপাম মিহৌ থাদোক্লবা মীহ্ যুক্ত ইতি উচ্যতে→অসংপ্রজ্ঞাত সমাধিদা লৈরবনি (য়ৌরবনি) হায়নৈ ।১৮॥

**অপূনবা অর্থ**:— সংপ্রজ্ঞাত সমাধিগী অভ্যাস তৌবদগী নীংথিনা লেপ্লবা পুক্নীং অহ্ ধ্যেয় ওইবা আত্মাগী মওং মক্তদা লেংঙদনা লৈবা মতম অদুদা সংসারগী অফংফংদ পোৎ পুম্নমক্তগী অপাম মীহৌ থাদোক্লবা মীহ্ অসংপ্রজ্ঞাত সমাধিদা য়ৌরবনি হায়নৈ ॥১৮।

অথূপ্পা ঝা

মতৌ অসুম্না অসংপ্রজ্ঞাত সমাধি তৌবদগী হৌগ পা ( মীকপ থোক্লবা ) যোগীহুগী মীংথেন্দা সংসার পুম্নমকসি মঙগী পোং চৈগুম্না উই আত্মা নত্তনা অতোপ্পা পোং অমত্ত উদে। মরম অসিনা অসুম্না হায়রি— "দৃশ্যাঽসম্ভবোধো হি জ্ঞানং জ্ঞেয়ং চিদাত্মকম্। তদেব কেবলীভাবং-ততোঽন্যৎ সকলং মৃষা॥" (ম° উ ৪।৬৩)— "উরিবা সংসার পুম্নমকসি ওইথোক্তবগি খঙবসিমক জ্ঞাননি খঙগদবদি চেত্তনগী মশক ওইবা আত্মা অসিমক্তনি আত্মাসিমক্তবু খঙবা অসিমক কৈবল্য মোক্ষনি মহুদগী অতোপ্পা পূম্নমকসিদি মিথ্যানি ( উরবস্থ অশেংবা মওঙদা মতম অছম্মক্তা লেত্তবা মঙগী পোংকুম্না ঙংক্তনি ॥" মরম অসিনা অসিগুম্না মীগীদমক শ্রুতিনা অসুম্না হায়রি— "যদা সর্ব্বে প্রমুচ্যন্তে কামা যেঽস্য হৃদি শ্রিতা। মথ মর্ত্ত্যোঽমৃতো ভবত্যত্র ব্রহ্ম সমশ্নুতে॥ ( কঠ উ ২।৩। ৪ )— "অসংপ্রজ্ঞাত সমাধিনা আত্মা সাক্ষাৎকার তৌরবা মতম অহুদা মীওগী থম্মোইদা চঙদূনা লৈরম্না অপাম মিহৌ পূম্নমক অহু চংথোকখি। মতগী মতুংদা পোকপা শিবা নাইহুনা লৈরম্না মহাক অহু অমৃত ( পোকপা শিবা নাইদবা ) ওই সংসারসিদা মহাক হিংন হিংনা ব্রহ্ম ওইহুনা লৈ। মতৌ অসুম্না লৈবা ফীবমসিদা মহাক্না সংসারবু মিথ্যানি হায়বসি নীংথিনা খঙবদগী আত্মাতদা পূক্নীং থিংজিন্দুনা লৈ। মাসবুস্থ শ্রুতিনা অসুম্না হায়রি— "আত্মৈবেদং সর্ব্বমিতি স বা এষ এবং পশ্যন্নেবং মন্বান এবং বিজানন্নাত্মরতিরাত্মক্রীড আত্মমিথুন আত্মানন্দঃ স স্বরাড ভবতি" ( ছা উ ৭।২৫।১ )— "পুম্নমকাস আত্মামক্তনি মঙোন্দগী অতোপ্পা অমত্ত নত্তে অসুম্না য়েংবা অসুম্না খনবা অমস্থং অসুম্না নী থিনা খঙবা মহক অংদি আত্মাতবু পাম্মী আত্মাতদা শান্নে আত্মাদবু অনীশুবা ওইনা থমই অমস্থ আত্মাতদা নুংশাইবা লৌঈ মহাক্তি মশাগী রাজ্যদা ( লৈবাক্তা ) সম্রাট ( নিংথৌরেল ) ওইহুনা লৈ।" মসিনি মরাইবক য়াম্না ফবা মীনা অস প্রজ্ঞাত সমাধিদা আত্মসাক্ষৎকার তৌরগা হিহুনা লৈরিবগী ফীবম। ৮।

হৌজিক অসংপ্রজ্ঞাত সমাধিদা লৈবা মতমদা যোগীহুগী পুক্নীংগী ফীবম করমতৌনা লৈ হায়বসি খদমগা লোযননা চাংদম্নহুনা অসুম্না হায়রি—

যথ দীপো নিবাতস্থো নেঙ্গতে সোপমা স্মৃতা।
যোগিনো যতচিত্তস্য যুঞ্জতো যোগমাত্মনঃ ॥ ৯॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা**ঃ— নিবাতস্থ =হাই হুম্নবা মরম নুংশিং শীত্তবা মফমদা লৈবা, দীপ =থাংমৈগী মৈরি যথা —মতৌ অসুম্না হাই হুম্নবা মরম লৈত্তবদগী, ন ঈঙ্গতে=লেঙদনা লে, সা=মসি ( থাংমৈগী লেঙদনা লৈবাস ) আত্মন =ধ্যেয় ওইবা আত্মাগী যোগং যুঞ্জত —অসংপ্রজ্ঞাত সমাধি তৌহুনা লৈবা, যোগিন —যোগীগী যতচিত্তস্য —ফাজিন্দুনা থম্লিবা পুক্নীংহুগী উপমা স্মৃতা —চাংদম্নবনি হায়না যোগীশিংনা খঙনৈ। ৯।

**অপূনবা অর্থ ঃ**— নু.শিং শীত্তবা মফমদা লৈবা থা.মৈগী মৈরি লেঙদনা লৈ মতৌ অসুম্না থা.মৈগী মৈরিদা লেঙদনা লৈবসি আত্মাগী অস.প্রজ্ঞাত সমাধি তৌরিবা যোগীগী ফাজিন্দুনা থম্লিবা পুক্নী.থুগী চা.দম্নবনি হায়না যোগীশিং.না খঙবৈ । ১৯।

### অথূপ্পা বা

লেঙদনা লৈবা থা মৈগী মৈরিগা লোন্নবা চা দম্নবসি সংপ্রজ্ঞাত সমাধিদা তৌবা য়াদে। মবমদি সমাধি অসিদা ধ্যান ধ্যাতা অমসু ধ্যেয়গী জ্ঞান লৈবদগী পক্নী গী মওং থবা চোইনা লৈ লেঙদনা লৈতে। মরম অসিনা অসুম্না হায়রি—"অস্মীতি শব্দ বাদ্ধোহয়ং সমাধিঃ সবিকল্পক" (স র উ ২৮)—"ঐ লৈ হায়বা ৱাহৈ অসি য়াওনা (ধ্যাতাগী জ্ঞান য়াওনা) ওইবা সমাধিসি সবিকল্পকনি (স প্রজ্ঞাতনি)।' অদুগা অস প্রজ্ঞাত সমাধিদদি ধ্যান অমসুং ধ্যাতাগী জ্ঞান লৈতে সুপ্পা ধ্যেযগী জ্ঞান লৈ। মরম অসিদগী মতুদা পুক্নী. করিমত্ত চোইদে। মতুদগী মসিতদা থা.মৈগী মৈরিগী চা.দম্নবনি। মসিবুসু অসুম্না হাযরি— "নির্ব্বিকল্প সমাধিঃ স্যান্নিবাতস্থিতদীপবৎ" (স র উ ১৯) "নির্ব্বিকল্পক (অস.প্রজ্ঞাত) সমাধি অসিদি নু.শিং শীত্তবা মফমদা থানবা থা.মৈগী মৈরিগুম ওই" । ১৯।

মতৌ অসুম্না হাযরিবা অস প্রজ্ঞাত সমাধিগী মওং অসিবু শ্লোক মরিনা শন্দোক্না তাক্কে শাযবগীদমক অহানবদা অসুম্না হায়বা হৌরি—

> যত্রোপরমতে চিত্তং নিরুদ্ধং যোগ সেবয়া।
> যত্র চৈবাত্মনাত্মানং পশ্যন্নাত্মনি তুষ্যতি ॥ ২ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — যোগ সেবয়া—তত্তনা ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌবদগী, নিরুদ্ধং চিত্তং= ফাজিল্লবা পুক্নী.সি, যত্র—অসিগুম্বা থোইদোকপা ফীবম অমা য়ৌরবদা উপরমতে=সংসারগী পোৎশিংগী অপাম মিহৌ থাদোকই চ—অদুগা যত্র=পুক্নী.না অসিগুম্বা থোইদোকপা ফীবম অমা য়ৌরবদা, আত্মনা এব—অশেংবা পুক্নী. অহুমক্তনা আত্মানং=নু.ঙাইবগী মশক ওইরবা আত্মাবু পশ্যন=শংশঙনা উরবা যোগীহুনা, আত্মনি—মানা উরিবা নু.ঙাইবগী মশক ওইবা আত্মা অদুদা, তুষ্যতি=পেন্দুনা লৈ ॥ ২ ॥

**অপূনবা অর্থ**।— তত্তনা ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌবদগী ফাজিল্লবা পুক্নী.সি অসিগুম্বা থোই দোকপা ফীবম অমা য়ৌরবদা সংসারগী অপাম-মিহৌ থাদোকই, অদুগা অসিগুম্বা অথোইবা ফীবম অমা য়ৌরবদা অশেংবা পুক্নী. অহুনা আত্মাবু শংশঙনা উরবা যোগীহুনা আত্মা অদুদা পেন্দুনা লৈ। ২০॥

### অথূপ্পা বা

অজ্ঞানবদা সংসারগী পোংশিংদা খরদং অপাম মিহৌ তৌহনা লৈরবস্থু মুমিং খুদিংগা চা নাইনা অমস্থং তত্তনা ধ্যান যোগগী অভ্যাস তৌহনা লৈরবদি পূক্লীং ফাজিনবা ঙম্লকপা মরমনা মীহুগী ইন্দ্রিয়শিংহু সংসারগী পোংশিংদা চত্তবা মরমদগী পূক্লী হুগী অসিগুম্বা ফীবম অমা লাক্কনি মহু যৌরবদা মাগী পূক্লী হু পো শি হুগী অপাম মিহৌ শোযদনা পূমথা থাদোক্কনি অহুগা পূক্লীংগী অসিগুম্বা ফীবম অমস্থ শোযদনা লাক্কনি মহু যৌরবদা পূক্লীং অংনা মরম ওইহুনা মীংনা মশাগী অশেংবা শক্তম আত্মাবু শংশঙনা উগনি অমস্থং খঙগনি। মতৌ অস্থুম্না নুংঙাইবগী মশক ওইবা আত্মাবু শ শঙনা উরবা মীংনা আত্মামক্তদা পেন্দুনা লৈগনি। মরম অসিনা শ্রুতিনস্থু অস্থুম্না হায়রি— "স মোদতে মোদনীয়ং হি লব্ধা" (কঠ উ ১।২।৩) 'নুংঙাইবগী শক্তম আত্মাবু ফংলগা (খঙলগা) মহাক পেল্লী" ॥ ২ ॥

মৌজিক যোগীহুনা আত্মামক্তদা পেন্দুনা লৈবগী মরমবু অস্থুম্না তাক্লি—

> সুখমাত্যন্তিকং যত্তদ্ বুদ্ধিগ্রাহ্যমতীন্দ্রিয়ম্।
> বেত্তি যত্র ন চৈবায়ং স্থিতশ্চলতি তত্ত্বতঃ ॥২১॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — অতীন্দ্রিয়ং=মপান্থোংগী মী নাকোং নচিবা ইন্দ্রিয়শিংনা লৌবা ঙমদবা বুদ্ধিগ্রাহ্যং=সূপ্পা অশেংবা মন দনা (পূক্লী দনা) লৌবা ঙম্বা, আত্যন্তিকং=অমাঙ অতা লৈতনা খ্বায়দগী অথোয়বা, যং=অসিগুম্বা তত সুখ=নুংঙাইবা অহুবু যত্র=পূক্লীংগী অসিগুম্বা থোইদোকপা ফীবম অমদা স্থিত অয়=লৈরবা যোগী অসিনা বেত্তি=খঙই চ=অংগা, তত্ত্বত=মানা খঙলিবা নুংঙাইবগী মশক ওইবা আত্মাতত্ত্ব অহুদগী ন এব চলতি=মহাক শূকলেঙ লেঙদে ॥২১॥

**অপূনবা অর্থ** — মপান্থোংগী ইন্দ্রিয়শিংনা লৌবা ঙমদবা সূপ্পা অশেংবা পূক্লীংদনা লৌবা ঙম্বা অমস্থং খ্বাযদগী অথোয়বা অসিগুম্বা নুংঙাইবা অহুবু পূক্লীংগী অসিগুম্বা থোইদোকপা ফীবম অমদা লৈরবা যোগী অসিনা খঙই অহুগা মহাক খঙলিবা নুংঙাইবগী মশক ওইবা আত্মতত্ত্ব অহুদগী শূকলেঙ লেঙদে। ২১ ॥

### অথূপ্পা বা

শ্রীভগবান্না হায়রিবা শ্লোকসিদা "নুংঙাইবগী" বিশেষণ ওইনা "ইন্দ্রিয়শিংনা লৌবা ঙমদবা তাকপগী মরমদি মপান্থোংগী পোংশিংদগী পোকপা নুংঙাইবা অহুদগী অতোপ্পা ওইনা নুংঙাইবা অহুবু খঙহন্নবগীদমক্লি অহুগা "পূক্লী তনা (মনতনা) লৌবা ঙম্বা" হায়বগী মরমস্থু তুমখুন হুম্না তুম্বা মতমদা ওইবা নুংঙাইবা অহুংস্থু লৌদনবনি মরমদি তুমখুন হুম্না তুম্বা মতমদা মন লৈতে, মতম অহুদা মহাক অজ্ঞানদা তিনহুনা লৈ। মননা (পূক্লীংনা) লৌবা য়াবা নুংঙাইবদি সূপ্পা হৌহুনা লৈবা মতমতদা ওই। মরম অসিনা হায়রিবা নুংঙাইবসি খ্বায়দগী

অথোইবা অমসুং অমাঙঅতা লৈতবা ব্রহ্মগী শক্তমনি। মসিবু যোগীশিংনা অসংপ্রজ্ঞাত সমাধিগী ফীবমদা পূক্নীংনা খঙই অমসু যেই। মহু খঙল য়েংলবা মতুংদা মখোয় মহুদগী লেঙদে। অসিগুম্বা নুংঙাইবসিগী মরমদা অস্তুম্না হায়রি—

সমাধিনির্ধূতমলস্য চেতসো নিবেশিতস্যাত্মনি যৎসুখংভবেৎ।
ন শক্যতেবর্ণয়িতুংগিরা তদা স্বয়ংতদন্ত: করণেন গৃহ্যতে॥

"সমাধিগী অভ্যাস তৌবদগী পাপ পূম্নমক শেংদোকখ্রবা অমসু আত্মাতদা থি জিন্দুনা থম্লবা পূক্নীংগী নু ঙাইবা ওইবা অহব বাহৈনা ফোঙদোকপা ঙমদে মহুদি সমাধিগী মতম অহুদা যোগী অহুতনা পূক্নী না লৌবা ঙম্মী।"

শ্রুতিনসু অস্তুমা হায়রি— "এষ সর্ব্বেষু ভূতেষু গূঢ়োত্মা ন প্রকাশ্যতে। দৃশ্যতে ত্বগ্র্যয়া বুদ্ধ্যা সূক্ষ্ময়া সূক্ষ্মদর্শিভি।" (কঠ ১/৩/১২)— "নু ঙাইবগী মশক ওইবা আত্মাসি থব্বায় পানবা পূম্নমক্কী মনুংদা থুপ্তুনা লৈ ফোঙদোক্লা লৈতে। মসিবুদি অকূপ্পা যে বা ঙম্বা যোগীশিংনা যাম্না থৌবা (শেংবা) অমসুং কূপ্পা পূক্নীংনা (অসংপ্রজ্ঞাত সমাধিগী ফীবমদা লৈবা পূক্নীংনা) য়েই।" মরম অসিনা নু ঙাইবগী মশক ওইবা আত্মাবু খঙন উনবা পাম্বে ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌনা অসংপ্রজ্ঞাত সমাধি ফংবা নত্তনা অতোপ্পা লৈতে॥ ২১॥

মথক্কী শ্লোকতা যোগীনা ফীবম অহুদা লৈরগা আত্মতত্ত্ববু খঙহনা লেঙদে হায়খিবহুবু অমুক অস্তুম্না তাক্লি—

যং লব্ধ্বা চাপরং লাভং মন্যতে নাধিকং ততঃ।
যস্মিন্ স্থিতে ন দুঃখেন গুরুণাপি বিচাল্যতে॥ ২২॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — যং=আত্মাগী নুংঙাইববু ফোঙদোকহল্লিবা অসিগুম্বা পূক্নীংগী ফীবম অহুবু লব্ধ্বা=তত্তনা ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌবদগী ফংলবা যোগীনা অপরং চ লাভং=মহু নত্তবা অতোপ্পা ফংববু, ততঃ অধিকং=মহুদগী হেল্লী হায়না ন মন্যতে=নীংদে অহুগা— যস্মিন স্থিতে=পূক্নীংগী অসিগুম্বা থোইদোকপা ফীবম অহুদা লৈরবা যোগী অহুবু গুরুণা=চাউবদগী চাউরবা (যাম্না চাউরবা), দুঃখেন অপি=অরাবনসু ন বিচাল্যতে=লেঙহনবা ঙমদে॥ ২২॥

**অপুনবা অর্থ :**— আত্মাগী নুংঙাইবা ফংহনবা পূক্নীংগী অসিগুম্বা ফীবমহুবু ফংলবা যোগীনা মহু নত্তবা অতোপ্পা অমা ফংববু মহুদগী হেল্লী নীংদে। অহুগা পূক্নীংগী অসিগুম্বা থোইদোকপা ফীবমহুদা লৈরবা যোগীবু যাম্না চাউরবা অরাবনসু লেঙহনবা ঙমদে॥ ২২॥

অথণ্ণা বা

ধ্যানযোগীনা তত্তনা ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌবদগী পূক্নী‌ংদা লাকপা মপান্থোংগী পোংশিংগী মওঙশি (বৃত্তিশিং) অত্তবু লৌথোক্লগা পূক্নীংবু সুপ্না ধ্যেয় আত্মাগী মওঙ ওইনদা থম্মী। হায়রিবা পূক্নীংগী মওঙ অসিদা যেগীনা আত্মাগী সাক্ষা কার তৌঠুনা আত্মাগী অশেংবা মওঙ ওইবা নুংঙাইবত্তুবু ফংই। অসিগুম্বা নুংঙাইবা অসিগী মরমদা গৌড়পাদাচার্য্যনা মাণ্ডুক্যকারিকদা অসুম্না হায়রি— "স্বস্থং শান্তং সনির্ব্বাণমকথ্যং সুখমুত্তমম্॥" (মা কা ৩।৪৭)— অসং প্রজ্ঞাত সমাধিগী ফীবমদা ওইবা আত্মাগী নুংঙাইবসি থ্বাযদগী অথোযবনি, মশাগী মওঙদা লৈবনি যাম্না তপ্পনি (অরাবা মচেং অমত্ত যাওদবনি) কৈবল্য মোক্ষ যাওনা লৈবনি (কৈবল্য মোক্ষ য নবা মরননি) অমসু হায়দোকফম থোক্তবনি"

মতৌ অসুম্না অসংপ্রজ্ঞাত সমাধিদা আত্মাগী অসিগুম্বা নুংঙাইবা ফংলবা যোগীনা অতোপ্পা নুংঙাইবা অমা ফংনীংদ অমসুং মহ্‌ আত্মাগী নুংঙাইবদগী হেনগনি হায়রবসিবুসু থাজদে। মরম অসনা শ্রুতিনা অসুম্না হায়রি— "কিং প্রজয়া করিষ্যামো যেষাং নোঽয়মাত্মাঽয়ং লোক" (বৃ উ ৪।৪।১২)— ঐখোয়গীদমক মচা মপুশিংনা করি কান্নগনি? ঐখোয়গীদি আত্মা অসিনি অমসুং আত্মা অসিমক্তা ঐখোয়গী লোক নী (স্বর্গনচিংবদি লোক নত্তে)। মরম অসিদগী মখোয়না অতোপ্পা পোং অমা ফংনবসু করিমত্ত তৌনী দে। মসিবুসু অসুম্না হায়রি— 'আত্মানং চেদ্বিজানীয়াদয়মস্মীতি পূরুষ। কিমিচ্ছন্ কস্য কামায শরীরমনুসংজ্বরেৎ॥" (বৃ উ ৪।৪।১২)— 'মী অহুনা পরব্রহ্মগী মশক আত্মাসিবু ঐমক্তি খঙলবদি মানা করি নীংনা অমসুং করম্না পোংকী অপাম্বগীদমক হকচাংসিদা পুক্নীং থিংজিল্লগা কবম্না নোম লীক্কনা লৈগনি? মসিগী মরমদি মতোংনা আত্মাবু শংঙেনা উবা অমসুং খঙবদগী মহুগী নুংঙাইবহ্না পুংফৈ পেন্দুনা লৈ। মসিবুসু অসুম্না হায়রি— যো ঽকাম নিষ্কাম আপ্তকাম আত্মকামো ভবতি। (বৃ উ ৪।৪।৬)— "মশাক অহুদি অমত্তা লৈত্রবনি অপাম্বা মত্তোন্দগী চংথোকপ্রবনি, অপাম্বা পুম্নমক ফংলবনি অমসু আত্মাদবু পাম্বান। মরম অসিদগী "আত্মলাভান্ন পরং বিদ্যতে— "আত্মাবু ফংবদগী হেনবা অথোইবা অতংবা অমা লৈতে — অসুম্না হায়নরিবনি।

মতৌ অসুম্না ধ্যানযোগদা নীংথিনা কাখত্তনা লৈবা যোগীবু সংসারগী অঈং অশা অপাম মিহৌ, অরা মনুংঙাইনচিংবা লোন্নমা লৈবা পোংশিনা ফীবম অহুদগী লেঙহনবা ঙমদে। মরম অসিদগী মখোয়না কাংথংলিবা ধ্যানযোগগী মশক ওইবা অসংপ্রজ্ঞাত সমাধিগী মরমদা অসুম্না হায়রি—

অক্ষুব্ধা নিরহংকারা দ্বন্দ্বেষ্বননুপাতিনী।
প্রোক্তা সমাধিশব্দেন মেরো: স্থিরতরা স্থিতি:॥

(অন্ন উপ ১/৪৯)

"সমাধি হায়বা য়াহৈ অসিনা শাউগংপা লৈত্রবা য়াম্না তপ্পা অহংকার ( ঐ হ য়বা য়াখল ) যাওদ্রবা অঙ্গ অশানচিংবা লোম্লনা লৈবশিংগী মনুংদা চঙদ্রবা অমস্তু মেরু কৌবা চীংদগী হেন্না লেঙদনা লৈবা ফীবমবু হায়বনি।"

অস্মুম্না হায়রিবসি অসংপ্রজ্ঞাত সমাধিগী ফীবমদা লৈরিবা যোগীগী বানি অহবু সমাধিদগী হৌগংলবা মতমদদি মখোযদা অঙ্গ অশা অবা নুঙাইনচিবা পুম্নমকসি শোযদনা ওইনি যাগদর্শনদস্তু অস্মুম্না হায়রি— "ন্নি সাদ্ধপ্যামিতবত্র" ( ১।৪ )— "সমাধিদগী হৌগংলবা মতুংদদি আত্মাসি পুক্নী গী ওইরিবা মংশশি রগা চপ মান্নবা লৈ। মরম অসিনা মতম অহুদা যোগীনা অঙ্গ অশানচিবা পুম্নমকপুস্তু শোযদনা খংগনি অমস্ত অবাবা ফংগনি। অহুমক ওইহনস্তু যোগীনা সমাধিগী ফীবমদা আত্মাগী অশেবা মশক খঙখ্রবা মরমদগী মহুদগী হৌগংলবা মতুংদা খঙলিবা অঙ্গ, অশানচিবগী অবা নুংঙাইবহু মশাগীনি হায়না খঙদে মহু পুম্নমক্তি মনগী ( পুক্নীগী ) ডাক্তনি মগাক্নী নক্তে হাযবসি নীথিনা খঙই। মরমদি মতম অহুদা আত্মাসি মনগা শম্নবগুম তৌবদগী মনদা লৈবা অবা নুঙাইনচিংবা পুম্নমক্ত আত্মাগী ওইনা তৌই। মরম অসিনা অজ্ঞানী ওইবা মীশিনদি মহ পুম্নমক অহবু মশাগীনি (অজ্ঞাগীনি) খঙই, অহুগা জ্ঞানী যোগীদি অহুম্না খংদে। মরম অসিনা মখোযনা অবাবা ফংবা মতমদা পুক্নীং নুংঙাইতবা তৌদে অমস্তু নুংঙাইবা ফংবা মতমদস্তু পুক্নীং হৃাওবা তৌদে মখোয় মতম পুম্নমক্তা মওঙ অমত্ত ওইনা লৈ। মরম অসিদগী শ্রুতিনস্তু অস্মুম্না হায়রি— অধ্যাত্মযোগাধিগমেন দেবং মত্বা ধীরো হর্ষশোকৌ জহাতি।" (কঠ ১ ২।১২)— "আত্মাগা মরী লৈনবা ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌবদগী আত্মদেবসিবু শংশঙনা খঙলগা পুক্নী তপ্নবা মীহুনা অবা নুংঙাই অনীমকপু থাদোকই।" মতৌ অস্মুম্না হায়রিবা পুম্নমক অসিবু শ্রীভাবান্না অর্জুনগী মফমদা তাক্না শ্লোক অসিদা হায়রিবনি।২২।

মতৌ অস্মুম্না শ্লোক অহুমদা হায়খিবা ফীবম অহুমক অবাবা পুম্নমকপু কোকহনবা ঙম্বা অমস্তু, অসংপ্রজ্ঞাত সমাধিগী ফীবমনি হায়বসিবু হৌজিক অস্মুম্না তাক্নি—

তং বিদ্যাদ দুঃখসংযোগবিযোগং যোগসংজ্ঞিতম্।
স নিশ্চযেন যোক্তব্যো যোগোঽনির্বিণ্ণচেতসা।২৩।

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — তং=মহুবু ( মথক্তী শ্লোক অহুমনা হায়খিবা পুক্নীগী ধ্যেয় ওইবা আত্মমক্তগী মওঙ ওইনা লৈবা ফীবম অহুবু ) দুঃখসংযোগবিযোগং=দুখ সারগী পোংশিংদগী ওইরম্বা অবা নুংঙাই পুম্নমক অহুগা লোয়নবা শম্নবম্বা অহুগী থাদোকপগী মশক ওইবা যোগসংজ্ঞিতং= অসংপ্রজ্ঞাত সমাধি কৌবা যোগনি হায়না, বিদ্যাৎ=খঙগদবনি, স যোগ =অসিগুম্বা যোগসিবু নিশ্চয়েন=তৌগে হায়বসি পুক্নী দা চপযুংনা লেপ্তুংনা, অনির্বিণ্ণচেতসা=চোকথবা শোম্হবা লৈতবা পুক্নীংনা, যোক্তব্য=অভ্যাস তৌহনা লৈগদবনি।২৩।

**অপুনবা অর্থ :—** ধ্যেয় আত্মাগী মওঙ নত্তনা অতোপ্পগী মওঙ লৈত্রবা পুক্নীংগী ফীবম অহুবু অৱাবা শম্নৱম্বদগী খাইদোকপগী ( থ দোকপগী ) মশক ওইবা অসংপ্রজ্ঞাত সমাধি কৌবা যোগনি হায়না খঙগদবনি। অসিগুম্বা যোগসিবু তৌগে হায়না পুক্নীংদা লেপ্পুনা চোকথ শোন্দবা পুক্নীংনা অভ্যাস তৌগদবনি। ২৩।

## অথূপ্পা বা

শ্রীভগবান্না মথক্তা "যোগো ভবতি দুঃখহা"— (৬। ১৭)— "যোগ— অবাবা মাঙহনবা ওয়নি হায়রিবহুবু হৌজিক লোইশিন্দুনা শ্লোক অসিদা তাক্লিবনি। জীবসি ঙমখৈ লৈতবা মতমদগী পৌহুনা মশাগী মশক খঙদবদগী ( মশক্কী অজ্ঞানদগী ) মানা তৌখি তৌখিবা কর্ম্মগী মতুং ইন্না পোকপা শিবা নাইহুনা মথল মখা অযাম্বা হকচাংশিংদা অবা নুংঙাই ফংহুনা লৈরক্লিবনি মসি অজ্ঞান ( মশাগী মশক খঙদবা ) মাঙখ্রিবা মতম অ ক্কী মখৈ মতুংদসু চত্তনা লৈগনি। মসিবু যোগদর্শনদসু অসুম্না হায়রি— "সতি মূলে তদ্বিপাকো জাত্যায়ুর্ভোগা" (২। ১৩)— সংসারগী মরূ ওইবা অজ্ঞান (অবিদ্যা) লৈরবদি তৌখিবা পাপ পুণ্য কর্ম্মশিংগী মহৈ ওইনা পোকপা অতেন অশাং পুন্সি অমসুং অবা নুংঙাই ভোগ অসি শোযদনা ওইহুনা লৈ।" অহুগা মশাগী মশক খঙদবা ওইবা অজ্ঞানসিদি মশাগী মশক খঙলবতদা মাঙই অতোপ্পা পোং খঙবদগী মাঙদে। মতৌ অসুম্না মশাগী মশক খঙবদগী মরূ ওইবা অজ্ঞান মাঙলবদা পাপ পুণ্যশিংসু মাংখিহুনা মখোযগী মহৈ অবা নুংঙাইসু মাঙই। মসিদা মশক খঙনবা উপাযদি ধ্যেয ওইবা আত্মাগী অসংপ্রজ্ঞাত সমাধিনি মসিনা মরম ওইহুনা আত্মাবু শংশঙনা খঙবদগী অজ্ঞান মাঙখিহুনা অবা নুংঙাইসু মাঙখিগদবনি। মরম অসিনা শ্রীভগবান্না অৱাবা শম্নৱম্বা অহুগী থাদোকপগী (খাইদোকপগী) মশক ওইবা অস প্রজ্ঞাত সমাধি কৌবা যোগনি" হায়রবনি। অৱাবা অসিসু মখল অহুম থোক্লা খায়রি মখোয়হুদি আধ্যাত্মিক, আধিভৌতিক অমসুং আধিদৈবিক কৌবা অবাবা অহুম অসিনি। মখোয়সিগী মনুংদা অনাবনচিংবা লাক্লুনা হকচাংদা ফংবা অৱাবা আধ্যাত্মিক অৱাবনি অতোপ্পা শা কৈনচিংবা জীবশিংদগী ফংবা অবাবা, আধিভৌতিক্লি অহুগা য়ুহারাবা চাক তাঙবনচি বদগী ফংবা অবাবা আধিদৈবিক্লি। অহুম অসি মতম পুম্নমক্কীদমক জীবহুগী মাঙখিববু পরমপুরুষার্থ ( খ্বায়দগী অথোইবা কান্নবা ) কৌই। মসিবু সাংখ্যদর্শনদা কপিলঋষিনা অসুম্না হায়রি— "ত্রিবিধদুঃখাত্যন্ত নিবৃত্তিবত্যন্ত পুরুষার্থ"— (১। ১)— মথল অহুমগী অৱাবা পুম্নমক পুম্নাঙ মাঙখিবসি পরম পুরুষার্থনি।" মসিদা "অবাবা" হায়বা ৱাহৈ অসিদগী আধ্যাত্মিক নুংঙাইবা, আধিভৌতিক নুংঙাইবা অমসুং আধিদৈবিক নুংঙাইবা অহুম অসিবুসু লৌগদবনি। মরমদি অৱাবা য়ান্দনা অহুম অসিবু তোঙান্না কনা অমত্ত ফংবা ঙমদে। মরম অসিনা মখোয়সি নুংঙাইবা ওইৱবসু খন্দুনা য়েংলবদি অৱাবগী মশক্লি। মখোয়শিংসি লৈরবদি কনা অমত্তম্না অৱাবা মচেৎ অমত্ত য়াওদবা নুংঙাইবগী মশক্ক

ওইবা মোক্ষ ওইবা ফংবা ঙম্মোই। মরম অসিদগী যোগদর্শনদা অস্থুম্না হায়রি—"পরিনাম তাপসংস্কারদুঃখৈর্গুণবৃত্তিবিরোধাচ্চ দুঃখমেব সর্ব্বং বিবেকিনঃ" (২/১৫)—"পরিণামদগী ওইরকপা অরাবা তাপ তগী ওইরকপা অরাবা অমসুং সংস্কারদগী ওইরকপা অরাবা অহুমসি তিন্দুনা লৈবা মরমদগী অদুগা সত্ত্ব রজ অমসুং তম গুণ অহুমসিগী মওঙদা য়াম্না যেংথিনবদগী বিষয় ভোগ তৌবদগী ফংবা নুংঙাইবা পুম্নমক অসিসু অফ কত্ত নীংথিনা বাখল লৈবা মীশিংগী অরাবা ওাক্কনি। মসিদা বিষয়গী নুংঙাইবা ফংনীতুনা ভোগ তৌবগী মতৌ দগী ফংবা অরাবা পরিণামদগী ওইরকপনি বিষয়ভোগ তৌবদা যৈথায থিনগাইবা লাক্তুনা পূক্নীং নুংঙাইতবদগী ফংবা অরাবা তাপতগী (নুংঙাইতবদগী) ওইরকপনি অদুগা অহানবদা বিষয়ভোগ তৌবদগী ফংখিবা নুংঙাইবা অদু পূক্নীংদা অকৃপ্পা মযি ওইনা লৈংতৌতুনা বিষয় ভোগ ফংদবা মতমদা মযি অদুদগী ওইবা অবাবা সংস্কারদগী পোক্লকপনি। মরম অসিনা বিষয়ভোগতগী ওইবা নুংঙাইবসি শোয়দনা অরাবা যান্দুনা লৈগনি মতৌ অদুম্না নুংঙাইবা পাম্বা অমসুং ফংহনবা অসিনচিংবসি সত্ত্ব গুণগী মওঙনি থবক তৌনিংবা অমসুং তৌহনবা অসিনচিংবসি রজোগুণগী মওঙনি অদুগা তূম্নীংবা অমসু তূমহনবা অসিনচিংবসি তমোগুণগী মওঙনি। মখোয অহুমসিগী মওঙশিংসি অমনা অমদগী যাম্না খেন্নে অমত্ত তিন্নদুনা লৈবা যাদে মতম পুম্নমক্তা য়েংথিনদুনা অমনা অমবু নমদুনা থম্নবা মখোয়না ভোংনৈ। ফীবমসিদা সত্ত্বগুণদগী পোকপা নুংঙাইবা অদু মতম পূম্নমক্তা লৈবা ঙমদে। মরম অসিদগী সত্ত্বগুণদগী পোকপা নুংঙাইবতা পূক্নীংদা লৈগনি হায়বা য়াদে অতোপ্পা গুণদগী পোকপা অরাবনচিংবসু মতুদা শোয়দনা য়াম্নদুনা লৈগনি। মরম অসিদগী বিষয় ভোগতগী ফংবা স্বর্গ ফাওবগী নুংঙাইবসি অবাবা য়ান্দুনা শোযদনা লৈবদগী মখোয অদুসু অফ যত্ত নী থিনা খঙবা অসুং রাখল লৈতাবা মীগী মফমদদি অরাবা ওাক্কনি। মরম অসিনা শ্রীভগবান্না হায়রিবা "দুঃখসংযোগ বিয়োগ" অসিদসু "দুঃখ" গী অর্থ "অরা নুংঙাই" অনিমকপু লৌগদবনি। অসিগুম্বা অরা নুংঙাই কোক্লবা উপায অমসু নুংঙাইবগী মশক্ত ওইবা মোক্ষ ফংনবা উপায় অস প্রজ্ঞাত সমাধিসিবু ফংনবা পূক্নীংদা লেপ্তুনা চোকথ শোম্থ লৈতবা পূক্নী না হো নগদবনি। নুমিৎ থরদং অভ্যাস তৌরগা মসিদি ফংবা ঙম্বা পোং নত্তে খন্দুনা পূক্নীং চোকথ হম্থরোইদবনি। মসিদি মতম কুইনা অমসুং থাজনা হোংনদুম্না অভ্যাস তৌববতদা ফংগদবা পোংনি। মসিগী মরমদসু যোগ দর্শনদা অস্থুম্না হায়রি—"স তু দীর্ঘকালনৈরন্তর্য্যসৎকারাসেবিতো দৃঢ়ভূমি" (১/১৪)—অস প্রজ্ঞাত সমাধিগী অভ্যাস অদুদি মতম কুইনা চাংনাইনা তত্তনা অমসুং থাজবগা লোয়নবা তৌরবতদা লেঙদবা ফীভম ওইগনি।" মরম অসিনা অতনবা অমসুং থাজদবা থাদোক্লগা ঈশ্বরগী আরাধনা নচিংববুসু মতুগী উপায় ওইনা তৌহনা ধ্যানযোগগী অভ্যাস থাদোক্লোইদবনি ॥ ২৩।

করম তৌহনা ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌবা হোৌগদগে হায়বসিবু হোৌজিক শ্লোক অনীনা তাক্লি—

স কল্পপ্রভবান্ কামাংস্ত্যক্ত্বা সর্ব্বানশেষত ।
মনসৈবেন্দ্রিয়গ্রামং বিনিয়ম্য সমন্তত ॥ ২৪ ॥
শনৈ শনৈরুপরমেদ্ বুদ্ধ্যা ধৃতিগৃহীতয়া ।
আত্মসংস্থং মন কৃত্বা ন কিঞ্চিদপি চিন্তয়েৎ ॥ ২৫ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — স কল্পপ্রভবান—পোৎ অদু ফগে হায়না পক্কী দা লেপ্পা অদুদগী পোকপা সর্ব্বান কামান—অপাম্বা পো শি গী নী বা পুম্নমক অদুবু অশেষত =অখাকপা থমদনা (খাকৌদনা) ত্যক্ত্বা—থাদোক্লগা মনসা এব—অপাম্বা নী বা থাদোক্লিবা পুক্কী অদুমক্তনা সমন্তত—রূপ রসনচি বা বিষয় পুম্নমক্কী ইন্দ্রিয়গ্রাম =মী লৈযেঙনচিংবা ইন্দ্রিয় পুম্নমকপু বিনিয়ম্য= নী থিনা লাকশিন্দুনা থম্নগা ৪॥ ধৃতিগৃহীতয়া—থাজবগা লোযননা অখাঙ কন্দুনা ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌগে খপ্লিবা বুদ্ধ্যা—অারেপ্প বাখল অসিনা মন =পুক্কীবু অত্মসংস্থ কৃত্বা—আত্মাগী অশেংবা মওঙ ওইহন্দুনা থম্লগা শনৈ শনৈ =তপা তপা উপরমেৎ=অতোপ্পা পোৎ গী শম্নবা থাদোকহল্লগা আত্মাদা তিনহন্দুনা থমগদবনি কিঞ্চি অপি—করি অমত্তবু ন চিন্তয়েৎ= নীংলোইদবনি ॥ ২৫ ।

**অপূনবা অর্থ** —পো অদু ফগে হায়না পুক্কী দা লেপ্পদগী পোকপা নীবা পুম্নমকপু অখাকপা থমদনা থাদোক্লগা পুক্কী অদুমক্তনা মী নচি বা ইন্দ্রিয় পুম্নমপুম্ব নী থিনা লাকশিল্লগা অখাঙ কন্দুনা ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌগে লেপ্পুনা থম্লিনা বাখলনা পুক্কীবু আত্মাগী অশেংবা মওঙ ওইহন্দুনা থম্লগা আত্মাদা তিনহনগদবনি অমসু (অতোপ্পা) করিমত্তবু নীংলোইদবনি ॥২ ২৫॥

অখুপ্পা বা

পুক্কীংদা অপাম্বা পোৎশিংবু নীংবসি মতু যগে লেপ্পদগীনি লেপ্লিবা অদু থাদোক্লবদি নী বদুসু শোযদনা চৎথোকখিগনি। অদুগা পুক্কী দা পোৎশি গী অপাম্বা পোকপা অদুসু পোৎশি অদু ফজবনি অফবনি অমসু ঐবু নু ঙাইবা পীবা ঙম্বনি খনবদগীনি। পোৎশিংদুগী নুং দা লৈবা ফজদবা অমসুং কত্তবশিংবু নী থিনা বিচার তৌদুনা বা লনা য়েংলবদি অমসু মখোযদগী ফংগদবা নুংঙাইবশিংদুগী মনুংদা গানশিন্দুনা থুপনা লৈল্লিবা অরাবশিং অদুবুসু নীংথিনা যেংশিন্দুনা খঙলবদি অপাম্বা পোক্লোই। মতৌ অসুম্না অপাম্বা পোক্তবদি পোৎশিংদুদগী পুক্কী না মীৎ নাকোংনচি বা ইন্দ্রিয়শি বু ফাজিনবসি লাযনা থোক্কনি। এখোযনা মপাম্ভোংগী পোৎশিংদা অপাম্বা তৌরিবসিগী মরুদা অবিদ্যা লৈ অদুগা অবিদ্যা (অজ্ঞান) অসিনা মরম ওইদুনা পোৎশক খঙদবদগী অরাবা ফংই। মরম অসিনা যোগদর্শনদা অরাবশিংগী মরমশিংবু তাক্তুনা অসুম্না হায়রি— অবিদ্যাঽস্মিতারাগদ্বেষাঽভিনিবেশা ক্লেশা (২/৩)—(১) অবিদ্যা—পোৎশক খঙদবদগী শেরাম্না খঙবা (মসিবু অজ্ঞান হায়নসু কৌই), (২) অস্মিতা—"ঐ" ঐ হায়না নাপল (চাওথোকপা) ... কৌই ) (৩) রাগ —করিগুম্বা পোৎ অমদা অপাম্বা পোক্তুনা

মতুদা পুক্নী থি জিনবা (৪) দ্বেষ—অপাম্বা পোৎ অতুগী মরমদা থৈখায় থিনগায়বা তৌবগী মফমদা যে থিনবা (৫) অভিনিবেশ—মশাগী মশক খংদবদগী হকচাংসিংদা পক্নী থি জিন্দুনা লিবা কিবা মঙাসি অবাবনি।” মসিদা মঙাসি মশামক শংশংনা (অপান্নবা) অৱাবা নত্ৰবস্থ তবাবশিংগী মরম ওইবনা অৱাবনি হায়বনি অতুগা মখোয় মাসিগী মনু দস্থ অবিদ্যাসি খ্বায়গী মকোক্লি অবিদ্যা পাঙথ্রবদি অতোপ্পা নবিতস্থ মাঙখিগনি। মতুদা অবিদ্যাগী থবক অমস্থু মওংবু অস্থম্না হায়বি—“অনিত্যাহশুচিদুঃখাহনাত্মসু নিত্যশুচিসুখাহহত্মখ্যাতিরবিদ্যা” (যো দ ২৫)—“মাংগদবা পোংশিংবু মাঙদবনি খবা শেংদবা পেৎশিংবু অশেংবনি খংবা অৱাবাবু নুংঙাইবনি খংবা অমস্থ আত্মা নত্তবদু আত্মানি খংবা অসিনচি বসি অবিদ্যানি।” মসিগী ভাষ্য (ব্যাখ্যা) তৌবা মতমদা বেদব্যাসজিনা অস্থম্না হায়বি—“পৃথিবীনচি বসি মাঙদবা ঙাক্তনি অতুবু মীনা মখোযবু লেংদনা লৈবা (অচল) মাঙলোইদবা পোৎশিংনি খংই, মসি অবিদ্যানি। অতুগা শেংদবা পোৎশিংবু অশেংবনি খংবগী মরমদা হকচাংবু খুদম ওইনা পীতুনা অস্থম্না হায়—“স্থানাদ্বীজাদুপষ্টম্ভান্নিস্যন্দান্নিধনাদপি। কায়মাধেয়শৌচত্বাৎ পণ্ডিতা হ্যশুচিং বিদুঃ॥”

স্থানাৎ=মমাগী পোকদবা থীযুনা থম লৈনবা পক অতু মাগী (হকচাংগী) হৌরককম ওইনা লৈফম ওইবদগী বিজাৎ=মমা মপাগী অমোৎপা ঈ অমস্থ বীর্য মাগী মরূ ওইবদগী উপষ্টম্ভাৎ=চাথি-থকখিবা চীঞ্জাক অমস্থ ঈশিংদগী ওইরকপা শেংদবা মগী (রস), ঈ, শা, মতোং শৱ, মাও অমস্থ বীর্য—তরেৎ অসি মাগী তু নফম ওইবদগী, নিস্যন্দনাৎ—শেংদবা থীযুং, হুমাং, চোকনচিবা থোক্লত্নদা লৈবদগী, নিধনাৎ অপি=অতুগা শিবমক্তদা মাবু শোকপা ফাওবদা অমাংবনি খন্দুনা মতম থরদং ফাওবা থমদবদগী আধেয়শৌচত্বাৎ=অমস্থং হৌনশা ওইনা শেংদ্রবস্থ ঈরূ মায়থজবা তৌরগা মাবু অশেংবনি খনবদগী পণ্ডিতা—মসিগী তত্ত্ববু নীংথিনা খংবা মীশিংনা কায়ং হি=লেপ্পমক হকচাংসিবু, অশুচিং বিদুঃ=যাম্না শেংদবনি হায়বসি নীংথিনা খংই।” মতৌ অস্থম্না অপাবা উনশা (শউন) অমনা মপান্দা কুপশিন্দুনা থম্লিবা মনু গী পোৎশিংসিবু খন্থহনা যে শিল্পরবদি কনানা হকচা সিবু যজবনি হায়বনা লোদুনা নাপল তৌগনি অমস্থং মসিদা পুক্নী থিংজিন্দুনা লৈগনি? মসিদি সূপ্না জীবগী অৱা নুংঙাই ফংনবা মফমনি। হকচাং ফ হুনা লৈরিবা মতম অতুক্নী মখে জীবগী অবা নুংঙাই ফংবসি শোযদবনি। মরম অসিনা ৱাখল লৈতাবা মীনা অমুক হন্না হকচাংসিবু ফ দনবা হোংগদবনি। অতুগা অৱাববু নুংঙাইবনি খংবসিদি মথক্নী শ্লোককী অথুপ্পা ৱাদা ইশ্রে। মতৌ অতুম্না আত্মা নত্তবা হকচাংনচিংববু আত্মানি খংদুনা চাউথোক্তনা লৈবসি অবিদ্যানি। অসিগুম্বা অবিদ্যাসিগী মশকপু ভাষ্যকার বেদব্যাসনা অস্থম্না তাক্লি—“অবিদ্যা ন প্রমাণং ন প্রমাণাভাব কিন্তু বিদ্যাবিপরীতং জ্ঞানান্তরং অবিদ্যা”—“অবিদ্যা (অজ্ঞান) অসি অচুম্বা জ্ঞান নত্তে অচুম্বা জ্ঞানগী অৱাৎপস্থ নত্তে তৌইগুম্বস্থং অশেংবা জ্ঞানগী ওন্ন তৈনবা শেরাম্নবা জ্ঞান অবিদ্যানি।”

অস্মুম্না হায়রিবা অবিদ্যাসি আত্মাগী পুক্নীংগা (মনগা) লোয়ননা শম্নবগী মরমনি মহুদগী আত্মানা অরা নুংঙাই ফংবগুম তৌনা লৈরিবনি। মসিবু যোগদর্শনদসু অস্মুম্না হায়রি— "তস্য হেতুরবিদ্যা" (২।২৪)— "মনগা লোয়ননা আত্মাগী শম্নবগী মরম অবিদ্যানি।" "তদভাবাৎ সংযোগাভাবো হানং তদ্দৃশেঃ কৈবল্যম্" (২।২৫)— "অবিদ্যাগী মাংখিবদগী মনগা লোয়ননা আত্মাগী শম্নবা অহুবু মাঙখি নহু (শম্নবা মাঙবহু) অবাবা মাংবনি অহুগা অরাবা মাংঙবহুমক চৈতন্য ওবা আত্মাগী কৈবল্য মোক্ষনি।" মরম অসিনা নুংঙাইবগী মশক্তা ওইবা কৈবল্য মোক্ষসিব ফংনবগীদমক বাখল লৈতাবা পুক্নীংনা অরাবা পীরিবা মপান্নোংগী পোং পুম্নমক্তগী মী নচিবা ইন্দ্রিয়শিংবু ফাজিল্লগা মতম পম্নমক্তা নুংঙাইবা পীনদবা আত্মাদা তপ্না তপ্না পুক্নীংবু পুশিন্নবা হোৎনগদবনি। মহুদা পুক্নীংবু করম তৌনা আত্মাদা পুশিল্লকপা ঙমগদগে হায়বসিদু যমবাজনা নচিকেতাগী মফমদা অস্মুমা তাক্লি—"যচ্ছেদ্বাঙ্মনসী প্রাজ্ঞস্তদ যচ্ছেজ্জ্ঞান আত্মনি। জ্ঞানমাত্মনি মহতি নিযচ্ছেত্তদ্‌যচ্ছেচ্ছান্ত আত্মনি।" (কঠ উ ১।৩।১৩)— "তুমিন্না ফম্লগা হায়দনী অমানবদা লৌশিংতাবা মীনা ৱা ঙাংবনচিংবা তৌরিবা ইন্দ্রিয় পুম্নমকপু সংকল্প বিকল্পগী (তৌগে নীংবা অমসুং তৌদ্রগা তৌন্নাসরা হায়বগী) মশক ওইবা মনদা (পুক্নীংদা) তিনশিনহন্নদবনি (পুক্নীংনা মখোয়বু ফাজিনদবনি) মহুক্তী মতমদা পুক্নীং অহুবু নিশ্চয়াত্মিকা (অরেপ্পা বাখল খনবা) বুদ্ধিদা তিনশিনহনগদবনি মহুদগী বুদ্ধি অহুবুসু হিরণ্যগর্ভগী (ব্রহ্মাগী) পুম্না লৈবা মহৎ কৌবা তিদা (জীব পুম্নমক্কী বুদ্ধি পুম্নমক তিদূনা ওইবা ব্রহ্মাগী বুদ্ধিদা) তিলহনগদবনি (এগী বুদ্ধি অসি ব্রহ্মাগী বুদ্ধিদগী অতোপ্পা অমা নত্তে মহুদগী মচেৎ অমনি খন্দুনা মহুদা চংহনগদবনি) মহুদগী মহৎ কৌবা অপুনবা বুদ্ধি অহুবুসু বিকার লৈতনা যাম্না তপ্পা (পুক্নীংগা তিনহন্না মওং ওন্থোক্তবা মশাগী অশেংবা মশক্তা লৈবা) আত্মাদা তিলহনগদবনি।"

মতৌ অসুম্না থংথং থাক নাইনা অভ্যাস তৌদুনা লৈবদগী আত্মাগী অসংপ্রজ্ঞাত সমাধিদা যৌবা ঙমগনি মহু যৌরবদা পুক্নী অসি ধ্যেয় আত্মামক্তগী মওঙ ওইনা লৈবা মরমদগী আত্মাগী সাক্ষাৎকার ওই ॥ ২৪ ২৫ ॥

তাইবংপানগী পোৎশিংদা পুক্নীং অসি যাম্না চঙ্গনা লৈবদগী য়ৈখায় থিনগাই য়াম্না লাকপা মরম্না মসিবু যৈগা থিনগাইরিবা মরমনি অহুদগী করম তৌনা ফাজিনগনি হংলবদা মহুগী পাউখুম অস্মুম্না পীরি—

যতো যতো নিশ্চরতি মনশ্চঞ্চলমস্থিরম্।

ততস্ততো নিয়ম্যৈতদাত্মন্যেব বশং নয়েৎ ॥ ২৬ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — চঞ্চল = হৌনশা ওইবা যাম্না চোইনা লৈবা, অস্থিরং = ঙহাক্তা তুমিন্না লৈতবা, মন = পুক্নীংসি যত যত = অপাম্বা পোৎনচিংবা মরম মরম অহুদগী, নিশ্চরতি = আত্মাগী

ধ্যান তৌবদগী চংথোকই, তত তত—মরম মরম অহুদগী, এতং নিযম্য—পুক্নীংসিবু লাকশিল্লগা, আত্মনি এব—আত্মাগী ধ্যান তৌবমক্তদা, বশং নযেৎ—লেঙদমা থি তুনা থমগদবনি।

**অপূনবা অর্থ ঃ**— যাম্না চোইনা লৈবা অমস্তু ঙহাক্তা তুমিনা লৈতবা পুক্নীংসি অপাম্বা পোং নচিবা মবম মবমশিংহুদগী আত্মাগী ধ্যান তৌবদগী চংথোকই, মরম মবমশিং মহুদগী পুক্নীংবু াকশিল্লগা আত্মামক্তদা থাগদবনি। ৬।

### অথুপ্পা বা

সমাধিগী অভ্যাস তৌবা মতমদা সূপ্পা অপাম্বা পোংশিংতদা পক্নীং চংখিহনা সমাধি তৌবা যাদে হাযবতা নত্তে মসি নত্তবা অতোপ্পা কয়ামুকস্তু সমাধিবু যৈখায থিনগাই তৌহনা লৈ। মখোযহুবু যোগদর্শনদা অস্মুম্না তাক্লি— "ব্যাধিস্ত্যানসংশয প্রমাদাঽলস্যাঽবিরতিভ্রান্তিদর্শনাঽলব্ধভূমিকত্বাঽনবস্থিতত্বানি চিত্তবিক্ষেপাস্তেঽন্তরাযা।" (১।৩)— (১) "হকচাংদা অনাবা াক।। (২) পুক্নীং থৌণত্তবা (৩) চিংনবা (৪) থৌওইদবা (৫) অতনবা, (৬) বিষয ভোগ তৌবা পাম্বা (৭) শেরান্ননা খঙবা (৮) সমাধি তৌনবা ফীবম যংদবা অমস্তু (৯) ফীবম ফ লবস্তু পুক্নীং চঙদবা মাপল অসি পুক্নীবু লাঙতক্লুনা থম্নবা যেক্ল তিন্থংশিংনি।" মরম অসিনা ধ্যান া াগী অভ্যাস তৌহনা মহুগী মহৈ ফংনীবা গীাা হকচা অমস্তুং পুক্নীংদা মাপল অসি লাক্তনবা বনা হোংনগদবনি। (১) অনাবা লাক্তনবা হকচাগী শক্তিগী মতু ইন্না অফবা চীঞ্জাক থকপা াবা তুম্ব চ পনচিংবা থবক পুমমক চাং নাইণদবনি। (২) ধ্যানযোগগুম্বা করম্বা অফবা থবক অমা স সারসিদা লৈ? মসিতনা পুন্সি মহৈ যামণদবনি খন্দুনা পুক্নীং থৌগংকদবনি। (৩) কম্না া নববদি ধ্যানযোগগী মহৈ শোযদনা ফ গনি লেপ্লগা পুক্নীংদা চিংনবা থম্মোইদবনি। (৪) পুক্নীবু ফাজিনবা অরাযবা থবক নত্তে খন্দুনা মতুগী হোংনবদা থৌওইদবা তৌরোইদবনি। (৫) অতনবা অসিদি থবক পুম্নমকপু মাঙহন্নবগী মশকনি, মরম অসিনা অতনববুদি পুমথা থাদোক্কদবনি। (৬) বিষযভোগ তৌবগী অপাম্ববুদি মতুগী অফ ফত্ত নীংথিনা বিচার তৌহনা থাদোক্কদবনি। (৭) আত্মাদি অবা নুংঙাই ফংহুনতা লৈবনি অহুনা মহাক করম্না নুঙাইবগী া ক্ত ওইগনি হাযবা শেরান্ননা খঙবসিবু থাদোক্তনা আত্মাদি নুঙাইবগী মশক্ত ওইবনি হাযবসি পুক্নীংদা চপ যূংনা লেপকদবনি। (৮) সমাধি ফংনবা পুক্নীংগী ফীবম একাগ্রনি (পুক্নীং চোইদনা লৈবনি) মসি ফংনবা অহানবদা ধ্যান তৌগে হাযনা যম্বমক্তদা অহুমলক্তং প্রাণায়াম তৌরগা মতু দা সোর ঙম্বমখৈ শাংনা "ওঁ" শোন্দুনা ধ্যেয় আত্মাগী ধ্যান তৌবা হৌগদবনি মহুদগী পুক্নীং চোইরোই। (৯) মহুদস্তু মবক মরক্তা পুক্নীং চোইরক্লবদি হান্নগী মতৌগুম্না হন্না হন্না "ওঁ শোন্দুন পুক্নীং লেপ্পবা হোংনগদবনি। মসি পুক্নীং চোইদনবা খ্বায়দগী অথোইবা উপাযনি। তেজোবিন্দুপনিষত্তদি মসিদগী খরা খেন্ননা সমাধিগী যেক্ল তিন্থং অসিবু অস্মুম্না হায়রি—

সমাধৌ ক্রিয়মাণে তু বিঘ্নান্যায়ান্তি বৈ বলাৎ।
অনুসন্ধানরাহিত্যমালস্যং ভোগলালসম্॥
লয়স্তমশ্চ বিক্ষেপস্তেজ স্বেদশ্চ শূন্যতা॥ ( ১।৪ ৪১ )

"সমাধিগী অভ্যাস তৌবা হৌগৎলবদা য়েক্র ত্ং খ নমদুনা যাম্না লাকই। মহুদি— ধ্যেয় আত্মাগী বিচার তৌবা থাদোকপা অতনবা বিষয়ভোগ তৌনীংবা তমোগুণদা পুক্নীং লুপ্তনা লৈবা, অমম্বা ( তমোগুণ অহুদগী ধ্যেয় আত্মাগী মশক উদবা ) লাওতক্নবা হকচাংদা অশাবা পোকপা, হুমা শোবা অমসুং তুম্নীংবদগী উইরক্নুনা করিমত্ত ঈখঙ খঙদবা মাপল অসিনি।" ধ্যেয়গী ( নীংনীংবা পোৎ অহুগী ) অহানবদা মশক মতৌ অমসুং মওঙ পুক্নীংদা লেপ্পনা কনা অমত্তসু মহুগী ধ্যান তৌবা ঙমদে। মরম অসিদগী সমাধি তৌগে ফম্মক্নদা অহানবদা প্রাণায়াম অমসুং ও শোন্দুনা ধ্যেয় আত্মাগী মরমদা য়াম্না নীংথিনা বিচার তৌগদবনি, বিচার অহুদা অতোপ্পগী বিচার অমা লাকহল্লোইদবনি। মসিগী মমিং শাস্ত্রদা মনন কৌই। মননসিগী মপুংফাবা ফীবম ধ্যানগী মওঙদা ওন্থরকই। অহানবমক্তদা ধ্যান তৌবসি য়াম্না লুনা থোকই, অহুগা অহানবদা মনন তৌরবদি ধ্যানগী ফীবম পুরকপা লায়না থোকই। মবম অসিনা অহানবদা মনন তৌরগা মহুবু ধ্যানদা ওন্থহন্নবা হোৎনগদবনি। অহুগা আলস্য ( অতনবা ) তম ( ধ্যেয় আত্মাগী মশক উদনা অমম্বদা লৈবা ) অমসুং শূন্যতা ( তম্নীংবদগী করিমত্ত খঙদবা ) অহুম অসিদি লয় (তমোগুণদা পুক্নীং লুপ্তনা লৈবা) অসিগী মনুংচনবা ওাক্তনি, ফীবম খর খরা খেন্নবদনি। মখোয় অসি পক্নীংগী মচ ওইবা ( তমোগুণ য়াম্না হেনগ না লৈবা ) ফীবমনি। লয় লৈত্রবদি মখোয় অমত্ত লৈরোই। মসিদগী গৌড়পাদাচার্য্যনা অস্তুম্না হায়রি—

লয়ে সম্বোধয়েচ্চিত্তং বিক্ষিপ্তং শময়েৎ পুন ।
সকষায়ং বিজানীয়াৎ সমপ্রাপ্ত ন চালয়েৎ॥
( মা কা ৩।৪ )

"পুক্নীংনা তমোগুণদা লুপ্তনা লৈরবদি ধ্যেয় আত্মাগী চিন্তন ( মনন ) তৌহনা মাবু হৌগৎহন্নবা হো নদগবনি লাওতক্নবা পুক্নী বুদি ও শাংনা শোন্দুনা তপ থহন্নবা তৌগদবনি অহুগা অনীসিগী মরক্তা লৈবা ( তমোগুণদসু লুপ্তবা অহুগা লাওতক্নবদি ওইবা ) পুক্নীংবু বিষয় ভোগতা চঙদ্রা লৈবনি খঙগদবনি ( মসিদগী পুক্নীংবু লৌথোক্নবা উপায়দি বিষয়ভোগতা দোষ য়েংহনা ( থিহনা ) মখোয়বু অবাবগী মরমনি ), মতুংদা অভ্যাস তৌবদগী সমভাব (ব্রহ্মভাব) ফংলবা পুক্নীংবু লেওহল্লোইদবনি।

হকচাংদা অশাবনচিংবা পোক্তনবা মোরোকুনচিংবা চারোইদবনি, অহুগা হুমাংনচিংবা লাক্তনবা য়াম্নসু শাদবা অমসুং যাম্নসু ঈংদবা মফমদা অভ্যাস তৌগদবনি। মতৌ অস্তুম্না হোৎনরবদি মী অহুনা অভ্যাস অহুগী মহৈ শোয়দনা ফংগনি। ২৬॥

মতৌ অসুম্না ধ্যানযোগগী মতম কুইনা অমসুং থাজবগা লোয়ননা অভ্যাস তৌরবা যোগীচনা অসংপ্রজ্ঞাত সমাধি ফংলবদা মাগী পুক্নীং অদুদা ব্রহ্মগী মশক ওইবা থ্বায়দগী অথোইবা নুংঙাইবদু ফোঙদোক্লকই হায়বসি অসুম্না তাক্লি—

প্রশান্তমনসং হ্যেনং যোগীনং সুখমুত্তমম্।
উপৈতি শান্তরজসং ব্রহ্মভূতমকল্মষম্ ॥ ২৭ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা**°— শান্তরজসং=পুক্নীং লাঙতক্নবা লৈনবগী মরম রজোগুণ তপ থগ্রবা অদুগা—অকল্মষং=তূমনীংবনচিংবগী মরম ওইবা তমোগুণসু লৈখিদ্রবা মরম অদুদগী প্রশান্তমনসং—অতোপ্পা পোংশিংগী মওঙ লৈতনা সূপ্না ব্রহ্মগী মশক ওইবা আত্মাগী মওঙদা লৈবা মরমনা পুক্নীং য়াম্না ঈংনা লৈরবা হি=মদুদগী লেপ্পমক ব্রহ্মভূতং—হি না হিংনা ব্রহ্মগী মশক ওইরবা এনং যোগিনং—ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌরিবা যোগী অদুদা, উত্তমং সুখং=ব্রহ্মগী মশক ওইবা থ্বায়দগী অথোইবা নুংঙাইবদু উপৈতি=মশা মতোমতা ফোঙদোক্লকই। ২৭।

**অপুনবা অর্থ** — পুক্নীং লাঙতক্লবগী মরম রজোগুণ তপ থগ্রবা অদুগা তূম্নীংবনচিংবা লাক্লবা মরম তমোগুণ লৈখিদ্রবা, মরম অদুদগী ধ্যেয় আত্মাগী মওঙমক্তদা লৈবা মরমনা পুক্নীং য়াম্না ঈংলবা অমসুং হিংন হিংনমক ব্রহ্মগী মশক ওইরবা যোগী অদুদা ব্রহ্মগী মশক ওইবা থ্বায়দগী অথোইবা নুংঙাইবদু মশা মতোমতা ফোঙদোকই ।২৭।

## অথুপ্পা বা

ঐখোয়না নুংঙাইবা ফংনীদুনা মদু ফংগে হায়বগীদমক বিষয়ভোগ তৌই অমসুং মদুগী উপায় ওইনা মখল মখা থবক তৌদুনা সংসারগী পোংশি বু খোমজিন্নবা অহিং নু খিল নাইদনা হোংনৈ। অদুমক ওইদুনসু ঐখোয়গী পুক্নী দা মদুদগী কদোংঙদসু পেনবা ওইদে পেন্দবদু থোইনা থোইনা হেনগংলকই অদুগা অরাবসু নুমিৎ খুদিংগী হেনগংলকই। মসিগী মরমদি পোংশিংদুদা অরাবা নত্তনা নুংঙাইবা লৈতে নুংঙাইবদি থন্না লৈবা পোত্ত লৈ। অথনবা পোং অদু ফংলবতদা নুংঙাইবা ফংদুনা পেনগদবনি। শ্রুতিনসু অসুম্না হায়রি— "যো বৈ ভূমা তৎ সুখং নাল্পে সুখমস্তি" (ছা উ ৭।২৩।১)— "থন্ন লৈবা পোং অদু নুংঙাইবনি (নুংঙাইবগী মশক্নি) খজিক ওইবা (অপীকপা) পোত্ত নুংঙাইবা লৈতে।" মরম অসিদগী খজিক্তং ওইবা পোত্তগী ফবা নুংঙাইবদুনা পেনবা ঙমদদুনা ঐখোয়না মতম পুম্নমক্তা হেনগংনা নুংঙাইবা পাল্লিবনি অমসুং মদুগী উপায় থিরিবনি। অসুম্না উপায় থিবা অদুদা পুক্নীং লৈতাবা মীনা খজিক্তং ওইবা অপীকপা পোংশিংদুবু থাদোক্লগা থন্ন লৈবা অচৌবা পোং অদুবু থিরবদি মদু ফংলগা পেন্দবা লৈরোইদবা নুংঙাইবদুবু শোয়দনা ফংগনি। অসিগুম্বা নুংঙাইবগী মশক ওইবা অথনবা পোং অদু কন্নিনো অমসুং অপীকপা পোংনা কন্নিনো হায়বসিবু তাকুনা শ্রুতিনা অসুম্না

হায়রি—"যত্র নান্যৎ পশ্যতি নান্যচ্ছৃণোতি নান্যদ্বিজানাতি স ভূমা। অথ যত্রান্যৎ পশ্যত্যন্যচ্ছৃণোত্যন্যদ্বিজানাতি তদল্পম্। যো বৈ ভূমা তদমৃতমথ যদল্পং তন্মর্ত্যম্।" (ছ উ° ৭।২৪।১) পোৎ অহুদা অতোপ্পা অমা উদে অতোপ্পা অমা তাদে অমসুং অতোপ্পা অমা খঙদে, মহু থম্না লৈবা অচৌবা পোৎনি। অহুগা পোৎ অহুদা অতোপ্পা অমা উই, অতোপ্পা অমা তায় অমসুং অতোপ্পা অমা খঙই মহু খজিক্কং ওইবা অপীকপনি। থম্না লৈবা পোৎ অমাঙ অতা লৈতবনি অহুগা অপীকপা পোৎ মাঙগদবা ঙাক্তনি।" মরম অসিনা মাঙগদবা সংসারগী অপীকপা পোৎশিংদগী ফংবা নুঙাইবদি মাঙগদবা ঙাক্তনি অহুগা থম্না লৈবা মাঙলোইদবা পোত্তগী ফংবা নুংঙাইবহুদি মতম পুম্নমক্তা অমাঙ অতা লৈতনা পেম্নবা মরম ওইগদবনি। অসিগুম্বা থম্না লৈবা পোৎ অহুদি ব্রহ্মনক্তি অহুগা মহাক নুংঙাইবগী মশকসুনি—"আনন্দো ব্রহ্মেতি ব্যজানাৎ" (তৈ উ ।৬।১) —"নুংঙাইববু ব্রহ্মমকনি খঙউ।" "আনন্দং ব্রহ্মণোবিদ্বান্নবিভেতি কুতশ্চন" (তৈ উ ২।৯।১)—"ব্রহ্মগী মশক ওইবা নুংঙাইববু শংশঙনা খঙলবা মীনা সংসারসিদা কমাদগীসু কিদে।" অসিগুম্বা নুঙাইবসি ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌহুনা অসংপ্রজ্ঞাত সমাধি ফংলবা মীনা মশামক্তী শক্তম ওইবা ব্রহ্মবু শংশঙনা খঙবদগী মাগী পুক্নীংদা মশা মতোমদা ফোঙদোক্লকই, অতোপ্পনা ঙান্দুনা ফোঙদে, মহাক অতোপ্পনা ঙানবা য়াবা পোৎ নত্তে অতোপ্পগী মতেং য়াওদনা মশা মতোমদা ঙান্দুনা লৈবা পোৎনি। মরম অসিনা শ্রীভগবান্না "যোগিনং সুখমুপৈতি" হায়না নুংঙাইববু কর্ত্তা (মশা মতোমদা মনীং তমনা লাকপা) অমসুং যোগীবু কর্ম্ম (লাকইবা অহুনা য়ৌগদবা মফম) ওইনা তাকপনি ॥ ২৭ ॥

ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌবদগী যোগীনা ফংবা অমাঙ অতা লৈতবা নু ঙাইবহু ব্রহ্মগী মশক ওইবদগী মহাক মোক্ষ ফংহুনা পোকপগী মহৈ য়াল্লি হায়বসিবু থাগত্তুনা অস্তুম্না হায়রি—

যুঞ্জন্নেবং সদাত্মানং যোগী বিগতকল্মষং।
সুখেন ব্রহ্মসংস্পর্শমত্যন্তং সুখমশ্নুতে ॥ ২৮ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**— এবং=মতৌ অস্তুম্না ("মনসেন্দ্রিয়গ্রামং"—৬।২৪ অসিমচিংবম্না হায়খিবা পুক্নীনা ইন্দ্রিয়শিংবু খুহুম চন্দুনা থম্বনচিংবা নিয়মশি অহুগী মতুং ইম্না), আত্মানং—পুক্নীবু সদা যুঞ্জন—মতম পুম্নমক্তা ধ্যানযোগদা থিংজিন্দুনা থমলিবা, বিগতকল্মষ=পুক্নীংগী অমোংপা ওইবা অমসুং সংসারগী মরম পাপ পুণ্য পুম্নমকসু মঙোন্দগী চংথোকখ্রবা, যোগী—অসংপ্রজ্ঞাত সমাধিবু ফংলবা যোগীহুনা, সুখেন=ঈশ্বরগী আরাধনা মচিংবা তৌবদগী য়াম্না লায়না, ব্রহ্মসংস্পর্শ—সংসারগী পোৎশিংগা শম্নদবা সূপ্না ব্রহ্মগী মশক ওইবা, অত্যন্তংসুখং—অমাঙ অতা লৈতবা নুংঙাইবগী মশক মোক্ষবু অশ্নুতে=ফংই ॥ ২৮ ।

**অপুনবা অর্থ**•— ইন্দ্রিয়শিংবু খুহুম চন্দুনা থম্বনচিংবা উপায়শিংগী মতুং ইম্না পুক্নীংবু মতম পুম্নমক্তা ধ্যানযোগগী অভ্যাসতা থিংজিন্দুনা থম্লিবা অমসুং পাপ পুণ্য পুম্নমক মঙোন্দগী চংথোকখ্রবা যোগীহুনা য়াম্না লায়না ব্রহ্মগী মশক নু ঙাইবা ওইবা অথৌইবা মোক্ষ ফংই ॥ ২৮ ।

## অথূম্মা বা

পাপকী মতৌগুম্না পণ্যসিস্তু সংসারগী মরমনি পাপতগী নরকুনচিংবা অরাবা ফংই অদুগা পুণ্যদগী স্বর্গনচিংবা মু ঙাইবা ফংই অমস্তু মতুস্তু অরাবা য়ানশিনবা মু ঙাইবনি অশেংবা ঙাইবা নত্তে। মতৌ অস্তুম্না পাপ অমস্তুং পুণ্যদা খেন্নবনি, সংসারগী মরম ওইবদদি মখোয় অনী কয়িমত্তা খেন্নদে। নিষ্কামকর্ম্ম অমসুং ঈশ্বরগী আরাধনা তৌবদগী পাপ মাঙখিদুনা পুণ্য ঙনগংলকই অদুমক ওইত্তুনস্তু পাপ পুম্নাঙ মাঙদে শোয়দনা খরা লৈজৌই। অদুম্নদি ওইরবদা দগী ( পুক্নী গী ) অমোংপা ওইনা লৈরম্বা পাপশি মাঙখিবা মরমদগী পুক্নীং শেংদোকখিদুনা মশে বা পুক্নী অদুদা ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌবদগী যোগীনা আত্মসাক্ষাৎকার তৌদুনা (আত্মাগী মশে বা মশক শ শঙনা উতনা ) পরমব্রহ্মমকপু মশামক্তি খঙই। খঙবা অদুগী অহানবদা (খঙবদুগী মাংদা) নশাবু পাপ লৈবনি অমস্তুং পুণ্য লৈবনি অসিনচি বা খঙলস্তুদু লৈখিদত্তুনা মত্তোন্দগী পাপ অমস্তু পুণ্য পুম্নমক চংথোকখি। মসিবু বেদান্তদর্শনদা অস্তুম্না হায়রি—"তদধিগম উত্তর পূর্ব্বাঘয়োরশ্লেষ বিনাশৌ তদ্ব্যপদেশাৎ (বে দ ৪।১।১৩)— "পরমব্রহ্মবু মশাগী মশকমক্তি যনা শ শঙনা খঙলবদা জ্ঞানীদুগী অহানবদা তৌখিবা পাপশিংদু মাঙখি অদুগা মতুংদা জীবন্মুক্ত ওইদুনা ( হিংনা হিংনা মোক্ষ ফংদুনা ) লৈবা মতমদা কয়িগুম্বা পাপকর্ম্ম থোক্লবস্তু মত্তোন্দা মদু ক্কে " মরমদি শ্রুতিনা মদুম্না তাকলি মদুদি— যথা পুষ্করপলাশ আপো ন শ্লিষ্যন্ত এব মেবংবিদি পাপং কর্ম্ম ন শ্লিষ্যতে।" (ছা উ ৪।১৪।৩ —"থম্বাল মনাদা ঈশি পক্কবগী মতৌগুম্না ব্রহ্মবু মশামক্তি শঙবা মীদা পাপ কর্ম্ম পক্কে।" মসি জ্ঞানীদুনা জ্ঞান ফংলবা মতুংদা তৌবা পাপ কর্ম্মগী রানি অদুগা হান্না তৌখিবা পাপ কর্ম্মগী মরমদদি অস্তুম্না হায়রি— 'যথেষীকা-তূলমগ্নৌ প্রোতং প্রদূয়েতৈবং হাস্য সর্ব্বে পাপ্মানঃ প্রদূয়ন্তে।' (ছা উ ৫।১৪।৩) — তেরা (মফোল) মৈদা তাবমক্তদা উং ওইদুনা মাঙই মতৌ অদুম্না জীবন্মুক্ত জ্ঞানীদুনা তৌখিবা পাপকর্ম্ম পুম্নমক জ্ঞান ওইবা মৈনা চাক্লুনা মাঙই।" মতৌ অস্তুম্না পুণ্যগী মরমদস্তু অস্তুম্না হায়রি—"ইতরস্যাপ্যেবমসংশ্লেষ পাতে তু" (বে দ ৪।১।১৪)— 'পাপতগী অতোপ্পা হায়বদি পুণ্যকর্ম্মস্তু পাপকী মতৌগুম্না জ্ঞানীদা শম্নদে অদুগা প্রারব্ধ কর্ম্ম লোইবমক্তদা মহাক ব্রহ্মদা তিন্নী।" মসিগী মরমদস্তু শ্রুতিনা অস্তুম্না তাকলি— "উভে উ হৈবৈষ এতে তরতি" (বৃ উ ৪।৪।২২)—"জ্ঞানীসি প প পুণ্য অনীমক্তগী লান্থোকই।' ক্ষীয়ন্তে চাস্য কর্ম্মাণি মু উ ২।২।৮)— "জ্ঞানীগী কর্ম্ম পুম্নমক মাঙই।" "সর্ব্বে পাপ্মানোঽতো নিবর্ত্তন্তে।" (ছা উ ৮।৪।১) 'জ্ঞানীদগী পাপ পুম্নমক হন্দোকই ( চংথোকই )। অদুগা মানা শিবমক্তদা ব্রহ্মদা তিন্না হায়বসিবুস্তু অস্তুম্না হায়রি— "তস্য তাবদেব চিরং যাবন্ন বিমোক্ষেঽথ সংপৎস্যে।" (ছা উ ৬।১৪।২)= জ্ঞানী অদু প্রারব্ধ কর্ম্ম লোইবা ফাওবা লৈ, মদু লোইব মক্তদা মহাক ব্রহ্মদা তিন্নী।" অদুগা জ্ঞানী অদুদগী গাঙদনা চংথোকখিবা পাপ অমসুং পুণ্যশিংদু

কদায়দা চত্ত্ৰবা নৈ হায়বসিবুস্থ কাণ্বশাখীয় ব্রাহ্মণদা অসুম্না হায়রি—“তস্য পুত্রা দায়মুপযন্তি, সুহৃদঃ সাধুকৃত্যাং, দ্বিষন্ত পাপকৃত্যাম্। — জ্ঞানী অদুগী লল থুমবুদি মাগী মচা মশূশিংবা লৌই, মাগী কান্নবা তৌরম্বা মরূপ-মপাংশিংবা মাগী পুণ্যশিংবু লৌই অদুগা মাগী ফত্তবা তৌরম্বা য়েক্কবশিংবা মাগী পাপশিংবু ফংই (লৌই)।’ মরম অসিদগী শ্লোক অসিদা শ্রীভগবান্না জ্ঞানী ওইবা যোগীবু ‘মাগী প প পুণ্য পুম্নমক মাঙথ্রবা অসুম্না হায়দনা— “বিগতকল্মষ” হায়বদি মতোন্দগী পাপ পুণ্য পুম্নমক চ থোকপ্রবা অসুম্না হায়বনি। মতৌ অসুম্না যোগী অদুদগী পাপ পুণ্য পুম্নমক চ থোকখিদুনা মতোন্দা সংসারগী মরম অমত্ত নৈহৌদবদগী মহাক অথোইবা নুংঙাইবগী মশক ওইবা ব্রহ্মদা তিন্দুনা মোক্ষ ফংই ॥ ২৮ ॥

হৌজিক যোগীনা ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌবদগী ব্রহ্মগী মশক ওইবা আত্মাবু শংশঙবা খঙলবদা মাগী মীৎয়েং জীব পুম্নমকী মফমদা করম্না য়েংই হায়বদুবু অসুম্না তাকলি—

সর্ব্বভূতস্থমাত্মানং সর্ব্বভূতানি চাত্মনি।
ঈক্ষতে যোগযুক্তাত্মা সর্ব্বত্র সমদর্শনঃ ॥ ২৯ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — যোগযুক্তাত্মা=ধ্যানযোগদা পুক্নীং থিংজিন্দুনা আত্মাবু শংশঙবা খঙলবা যোগীদুনা, সর্ব্বত্র সমদর্শন =মফম পুম্নমক্তা শীনথুংবা চপমান্নবা নৈবা ব্রহ্মমক্তবু মতোন্দগী খেন্নদনা উদুনা সর্ব্বভূতস্থ =ব্রহ্মাদগী হৌদুনা য়াম্না পীকপা তীল কাঙ ফাওবগী মনুংদা নৈবা আত্মানং= মশামক্কী আত্মাবু চ—অমসুং আত্মনি=মশামক্কী আত্মাদা, সর্ব্বভূতানি=লেঙলি-পাল্লিবা থবায় পানবা পুম্নমকপু ঈক্ষতে=করিমত্ত খেন্নদনা উই। ২৯॥

**অপুনবা অর্থ** — ধ্যানযোগদা পুক্নী থিংজিন্দুনা আত্মসাক্ষাৎকার তৌরবা যোগীদুনা মফম পুম্নমক্তা শীনথুংবা চপ মান্নবা নৈবা ব্রহ্মমক্তবু মশামক্কি খঙদুনা থবায়পানবা পুম্নমক্তা মশাগী আত্মাবু অমসুং মশাগী আত্মাদা থবায়পানবা পুম্নমকপু উই। ২৯।

## অথূপ্পা বা

ঐখোয়না হৌজিক উরিবা ঙমখৈ নৈতনা পাক চাউবা তাইবংপানসি থবক অমা ওইবা মরমদগী করিগুম্বা মতম অমদা অশানবদা নৈরমদে হায়বসি নীংথিনা খঙবা ঙম্মি। খুদম ওইনা— চক্কুসি থবক অমা ওইবা মরমদগী অশানবদা নৈরমদে থবক ওইনা শারবা মতুংদা মহাক নৈরকই। অদুগা থবক্কি মওঙ ওন্থোক্লা নৈবা পোৎ অমনি, মদু কদৌঙৈদসু লেঙদবা অমসুং মাঙদনা নৈবা ঙমদে। মতৌ অদুম্না তাইবংপান ওইবা থবকসিগী অশানবদা নৈরমদবা মতম অদুবু ঐখোয়না মহাপ্রলয় কৌই। মতম অদুদদি সূপ্না উরিবা তাইবংপানসিগী মরম (কারণ) অদুদা নৈরম্মি, মদু নত্তবা অতোপ্পা অমত্ত নৈরমদে। মতৌ অসুম্না তাইবংগী মরম ওইনা নৈরম্বা পোৎ অদু করিনো হায়বসিবু শ্রুতিনা অসুম্না তাক্লি— “সদেব সোম্যেদমগ্র আসীদেকমেবাদ্বিতীয়ম্” (ছা উঃ ৬।২।১)— “উরিবা তাইবংপান পুম্নমকসি অশানবদা সৎ পরমব্রহ্ম ওইনা নৈরমই, মহাক অনীত্তবা

পোং য়াওদনা মতোমদা লৈরমই।" "তস্মাদ্বা এতস্মাদাত্মন আকাশ সম্ভূতঃ আকাশাদ্বায়ুঃ, বায়োরগ্নিঃ আগ্নেরাপঃ অদ্ভ্যঃ পৃথিবী" ( তৈ উ ২। । )—"জীবাত্মাসিদগী খেন্নদবা পরমাত্মা অদুদগী অহানবদা আকাশ পোকখি, আকাশদগী ( আকাশ লৈরবা তুংদা ) নুংশিং পোকখি, নুংশিত্তগী মৈ পোকখি মৈদগী ঈশিং পোকখি অমসুং ঈশিংদগী পৃথিবীসি পোকখি।" "যতো বা ইমানি ভূতানি জায়ন্তে যেন জাতানি জীবন্তি যৎপ্রযন্ত্যভিসংবিশন্তি তদ্বিজিজ্ঞাসস্ব তদ্ ব্রহ্ম" (তৈ উ ৩। ।১ ) "মহুদগী তাইবংপান পম্নমকসি পোকই মহুনা মরম ওইহুনা পোকলিবা পুম্নমকসি হিংহনা লৈ অদুগা মখোয়হু মাঙবা মতমদা অমুক হন্না মহুদা তিল্লী অসিগুম্বা মহাকপু খঙনবা হো নৌ মহাক ব্রহ্মনি।" "অনেন জীবনাত্মনানুপ্রবিশ্য নামরূপে ব্যাকরবাণি।" (ছা উ ৬।৩।২ )—"ঐ (ব্রহ্ম) জীবাত্মাসিগী মওঙ লৌদুনা শেমলিবা তাইব পানসিদা চঙলগা ( চক ফি অসিনচি বগী) মি অমসুং (মপোয়গী) মশক মওঙবু শন্দোক্কে।" মতৌ অসুম্না শ্রুতিশিং না তাকপগী মতুং ইন্না তাইবংপানসি ব্রহ্মদগী অতোপ্পা অমা নত্তে ময়াম ওইনা উরিবসিদি মাগী প্রকৃতি ওইবী অমসুং মচোন্দা চঙজনা লৈবী মায়াশক্তিদগীনি মসি মঙদা জীবাত্মা অমত্ত দগী ময়াম ওইনা উবগী মতৌগুম্ননি। মরম অসিনা অসিগুম্বা ব্রহ্মসিবু ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌহুনা মশামক্তি খঙলবা যোগী অদুনা তাইবংপানসিদা ব্রহ্ম নত্তবা পো অমত্ত উদ য়েংউ য়েংউবা মকমদা ব্রহ্মমক্তবু উই। অসিগুম্বা অশেংবা মা য়ে সিবু থম্নবা শ্রুতিনণ্ড অসুম্না উপদেশ পীরি—"দৃষ্টিং জ্ঞানময়ীং কৃত্বা পশ্যেদ্ব্রহ্মময়ং জগৎ"। ( তে বি উ ১।২৯ )—"জ্ঞানগী মশক ওইবা মীংয়ে তৌরগা (থমলগা ) তাইব পানসিবু ব্রহ্মগী মশক ওইনা য়েংউ। অচম্বা মীংয়ে না চকুবু য়েংবা থাদোক্লগা জ্ঞানগী মীংয়ে না যে লবদি চকুগী মরম ওইনা মনু চন্না লৈরিবা লৈপাক অদু নত্তবা চকু কৌবা অমত্তা উরোই, ব্যবহারদা লৈপাক অদুতমু চকু ওইনা উবনি। মতৌ অদুম্না অচম্বা ব্যবহারগী মীংযেং থাদোক্লগা তাইবংপানসিগী মরূ ( মরম ) ওইনা মনুংচন্না লৈরিবা সং ("লৈ" হায়বগী মশক ওইবা ব্রহ্ম ) অদুতবু জ্ঞানগী মীংয়েংনা য়ে লবদি মহুদগী অতোপ্পা তাইব পান উরোই। শরমদি সং ( "লৈ হায়বা ব্রহ্মগী মশক ) অদু লৌথোক্লবদি তাইবংপান করিস্থ লৈহৌদে। মরম অসিনা শ্রুতিনা অসুম্না হায়রি—

> সর্ব্বং ব্রহ্মেতি যস্যান্তর্ভাবনা সা হি মুক্তিদা।
> ভেদদৃষ্টিরবিদ্যেয়ং সর্ব্বথা তাং বিসর্জয়েৎ॥ ( ম উ ৫।১১৩ )

তাইবংপান পুম্নমকসি ব্রহ্মমক্তি অসুম্না মীহুগী লেঙদবা মসুংগী বাখল লৈরবদি মহু (বাখলহু ) মুক্তি পীনবনি। অদুগা খেন্নবা মীংয়েংদি অবিদ্যানি ( খঙদবদগীনি ), মরম অসিনা খেন্নবা মীংয়েংবু পূমথা থাদোক্কদবনি।"

অসিগুম্বা অশেংবা মীংয়েংসি আত্মাবু শংশঙনা উরবা যোগীগী লৈবা মরমদগী মান্না তাইবংপান পুম্নমকপু মচোন্দা অমসুং মশামকপু (আত্মাবু) তাইব পানবদা উই হায়না শ্রীভগবান্না তাক্লিবনি।২৯।

ধ্যানযোগীনা তাইবংপান পুম্নমক্তা উরিবা মশাগী আত্মা অহমক ভগবান বাসুদেব ঐমক্নি ঐঙোন্দগী অতোপ্পা অমা নত্তে খঙবসিবু তৌবিবা যোগহৃী মহৈনি হায়বসিবু ভগবান্না অস্মু তাক্লি—

যো মাং পশ্যতি সর্ব্বত্র সর্ব্বঞ্চ ময়ি পশ্যতি।
তস্যাহং ন প্রণশ্যামি স চ মে ন প্রণশ্যতি॥ ৩০ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — যঃ=ধ্যানযোগীহুনা, মাং=বাসুদেব ভগবান কৃষ্ণ এবু, সর্ব্বত্র পশ্যতি=অচংচত্ত তাইবং তাইবংপান পুম্নমক্তা উই ময়ি চ=অহুগা বাসুদেব ঐঙোন্দস্সু সর্ব্বং পশ্যতি=তাইবংপান পুম্নমকপু উই তস্য=অহুগুম্বা যোগীহ্গী অহং ন প্রণশ্যামি=কৃষ্ণ ঐ মাঙবা থুপ্পা তৌদে (মাগী মীয়েদগী ঐ চথোকপা তৌদে মানা মতম পুম্নমক্তা ঐবু উহুনা লৈ) মে চ=অহুগা কৃষ্ণ ঐগীস্সু স ন প্রণশ্যতি=মহাক মাঙবা প্পা তৌদে (ঐগী মীৎযেংদা মহাক মতম পুম্নমক্তা লৈ)।৩০ ॥

**অপুনবা অর্থ**:— ধ্যানযোগীহুনা অচংচত্ত তাইবংপান পুম্নমক্তা কৃষ্ণ ঐবু উই অহুগা কৃষ্ণ ঐঙোন্দস্সু তাইবং পুম্নমকপু উই অসিগুম্বা যোগী অহুগী মীৎযেংদগী কৃষ্ণ ঐ কদৌরৈদস্সু চংথোক্তে, অহুগা কৃষ্ণ এগী মীৎযেংদগীস্সু মহাক চংথোক্তে ॥ ৩০ ॥

## অথুপ্পা বা

মথক্কী শ্লোকতা যোগীনা মশাবু তাইবপান পুম্নমক্তা অমস্সুং তাইবং পুম্নমকপু মশাদা উই হায়বসি হায়খ্রে। হৌজিক যোগীহুনা শ্রীভগবানবু তাইবংপান পুম্নমক্তা অমস্সুং তাইব পুম্নমকপু শ্রীভগবান্দা উই হাযরি। মসি যোগীগী আত্মা অমস্সুং শ্রীভগবান অমত্ত ওইরবতদা ওইবা য়াগনি নত্রবদি ওইথোক্তবা বা ওইগনি। মতৌ অসুম্না অমত্ত ওইরবতদা শ্রীভগবান যোগীগী মীংযে দগী চংথোক্তে অহুগা যোগীস্সু শ্রীভগবানগী মীৎয়ে দগী চথোক্তে হায়বসিস্সু য়াগনি। মরম অসিনা যোগীহুনা মশাগী অশেংবা মশক আত্মাবু "বাসুদেবোঽহং"— "ঐ ভগবান বাসুদেবমক্নি" খঙই হায়বসিবু শ্রীভগবান্না তাকপনি। অহুগা শ্রীভগবান্দি সাক্ষাৎ পরব্রহ্মনি। মরম অসিন্না অহং ব্রহ্মাস্মি" (বৃ উ ১।৪। )— "ঐ ব্রহ্মমক্নি" হায়না শ্রুতিনা তাকপা ব্রহ্মসাক্ষাৎকারবু (ঐ ব্রহ্মমক্নি হায়না শংশঙনা খঙববু) মযম অসিদা শ্রীভগবান্না রাহৈ অমরোমদা হাযবি। শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণদস্সু উদ্ধবকী মফমদা শ্রীকৃষ্ণ মশামক্না অসুম্না হায়রি—

মামেব সর্ব্বভূতেষু বহিরন্তরপাবৃতম্।
ঈক্ষেতাত্মনি চাত্মানং যথা খমমলাশয় ॥ (১১।১২। ৯)

"হে উদ্ধব! নহাক পুক্কীং শেংবা ওইহুনা অচং চত্ত থরায়পানবা পুম্নমক্তা অহুগা নশামক আত্মা ওইবা অমস্সুং আকাশকী মতৌগুম্না তাইবংপানবগী মপুং মপান্দ পুম্নমক্তা শীনথুংনা লৈবা কৃষ্ণ ঐমক্তবু য়েংউ।"

মরম অসিনা যোগীনা অন্ত করণ উপাধিনা জীবাত্মা ওইবা অমসুং ময়া উপাধিনা পরমাত্মা ওইবা পরব্রহ্মবু ধ্যানযোগগী মহৈ ওইনা মশামক্তি লাংবসি শংশঙনা খঙই। ৩ ।

তৌজিক মথক্কী শ্লোকতা হায়রিবা বা অসিমক্তবু তংনা তারি—

সর্ব্বভূতস্থিতং যো মাং ভজত্যেকত্বমাস্থি ।
সর্ব্বথা বর্ত্তমানে হপি স যোগী ময়ি বর্ত্ততে । ৩১ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — য =যোগীগিনা সর্ব্বভূতস্থিত =অচং চত্ত শাইবংপানবা পুম্নমক্তা শীনথুংনা লৈরিবা, মাং=ঈশ্বর কৃষ্ণ ঐবু একত্ব আস্থিত =পরমাত্মাগ এমক্তি ( উপাসক যোগীমক্তি স্থূপ্লা উপাধিনা মরম ওইদুনা ( ময়না উবনি ) ঐডোন্দগী ( উপাসকতগী ) অতোপ্পা নত্তে হায়বসি পূক্নীংদা চপ যু না লেপ্পু না ভজতি=ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌই । অসংপ্রজ্ঞাত সমাধিদা "অহং ব্রহ্মাস্মি — ঐ ব্রহ্মনি" অস্মুম্না শংশংনা খঙই স যোগী = অসিগুম্বা যোগী অদু সর্ব্বথা বর্ত্তমান অপি=জীবন্মুক্তগী ফীবমদা লৈরগা প্রারব্ধ কর্ম্মগী মতুংইশা করিগুম্বা থবক অমা তৌবা ওইরবসু, ময়ি বর্ত্ততে=ঈশ্বর ওইবা কৃষ্ণ এঙোন্দা শোয়দনা লৈ ( শিরবা মতুংদা মানা ব্রহ্মদা তিনবগী নাশক ওইবা মোক্ষ ফংবা শোয়দবনি ) ॥ ৩ ॥

অপ্নবা অর্থ — যোগীগিনা তাইবংপান পুম্নমক্তা শীনথংনা লৈবিবা ঈশ্বর কৃষ্ণ ঐবু মশাদগী অতোপ্পা নত্তে অমওনি হায়বসি লেপ্পুনা ঐ ব্রহ্মন অস্মুম্না শংশঙনা খঙই অসিগুম্বা যোগী অদু ফিংশিংদৈগী মতমদা করিগুম্বা অমা তৌদুনা লৈরবসু শিরবা মতুংদা কৃষ্ণ ঐঙোন্দা শোয়দনা তিল্লী ॥ ৩ ॥

অথৱাপ্পা বা

মতৌ অস্মুম্না শ্রীভগবান্না হায়রিবা ব্রা পুম্নমকসিদগী অমত্ত দা ওইবা আত্মা নত্তবা পোৎ অমত্ত সংসারাসদা লৈতে স্বৃ। মাগী শক্তি ওইবী মায়ানা মরম ওইদুনা ময়াম ওইনা উবদনি হায়বসি এখোয়না বিচার তৌরগা খংবা ঙমই। মসিবু তশেংনা উদ্ধবকী মফমদা শ্রীভগবান্না হায়রি—

আত্মৈব তদিদংবিশ্বং সৃজ্যতে সৃজতি প্রভু ।
ত্রায়তে ত্রাতি বিশ্বাত্মা হ্রিয়তে হরতীশ্বর ॥
তস্মান্ন হ্যাত্মনোহন্যস্মাদন্যো ভাবো নিরূপিত ।
নিরূপিতেয়ং ত্রিবিধা নির্মূলা ভাতিরাত্মানি।
ইদং গুণময়ং বিদ্ধি ত্রিবিধং মায়য়া কৃতম্॥

( ভাগ ১১/২৮/৬, ৭ )

"হে উদ্ধব। খ্বায়গী মপু ওইবা আত্মাসিনা মশামকপু তাইবংপান অসিমক ওইনা শাই অদুগা অশাবসু মশামক্তা ওই মতৌ অস্মুম্না আইবংপান পুম্নমক ওইনা লৈরিবা আত্মা মশামকপু মশামক্তা ঙাকই অদুগা অসিগুম্বা ঈশ্বর আত্মাসিনা তাইবংপান ওইনা লৈবা মশামকপু মশামক্তা

খোমজিল্লী ( প্রলয় তৌই )। মরুম অসিনা অধিষ্টান ( পুম্নমক্কী লৈনকম ) ওইনা তোপ তোপ্পা লৈরিবা আত্মাসিদগী অতোপ্পা লৈ হায়না তাকপা য়াবা পোৎ অমত্ত লৈতে। অদুগা পুম্নমক্কী লৈনকম আত্মাসিদা উরিবা আধিভৌতিক জগৎ আধ্যাত্মিক হকচা অমসুং আধিদৈবিক লাই, মখল অদুমগী পোৎশিংসি অশেংবা মরুম লৈতবা ডাক্তুনি। নহাক্না মখোয় অদুমসিবু সত্ত, রজ অমসুং তম গুণ অদুমসিগী মশক্তি অমসুং মায়ানা শাবনি হায়না খঙউ।"

মতৌ অসুম্না ভগবান্না হাযরিবা বাসিমক্তুবু যোগশিখোপনিষত্তা শন্নপ্পা অসুম্না তাক্লি—

ঘটনাম্না যথা পৃথ্বী পটনাম্না হি তন্তব ।
জগন্নাম্না চিদাভাতি সর্ব্বংব্রহ্মৈব কেবলম্।
( ৪।১৭।৮ )

"চক্ষু কৌহুনা পৃথিবী ( লৈপাক ) অমসুং ফি কৌহনা ল ময়াম উবগী মতৌগুম্না জগৎ কৌহুনা চেতন আত্মা উই অশেংবমক্তি পুম্নমক অসি সুপ্পা ব্রহ্মমক্তুনি।"

মরুম অসিনা য়াম্না উরিবা তাইবংপান অসিদা অমত্তং ওইনা লৈবা আত্মাসিবু খঙননবগীদমক রাখল লৈত্তাবা মীনা ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌফম থোক্কই। মহুত্তদা মীওইবগী হকচাং ফংবগী মক্তৈ য়ানগনি। মসিবুসু অসুম্না হাযরি—

এষা বুদ্ধিমতাংবুদ্ধির্মনীষা চ মর্নাবিণাম্।
যৎ সত্যমনৃতেনেহ মর্ত্যেনাপ্নোতি মাহমৃতম্॥
( ভাগ ১১।২৯।২২ )

"হে উদ্ধব। সংসারসিদা মিথ্যা ওইবা অমসুং মাঙগদবা হকচা সিনা মাঙলোইদবা অমসুং সত্য ওইবা ঐবু ( শ্রীভগবান কৃষ্ণবু ) ফংবা অসিমক লৌশিং শিংবা মী শিংগী লৌশিংনি অমসুং রাখল তাবা মী শিংগী রাখলনি।"

মসিদা জীব অমসু ঈশ্বরগী মশক করিনো, মখোয় অনীসি করম্না অমত্ত ওই, অদুগা জগৎ মিথ্যানি, মতম অদুম্মক্তা লৈতে— অসিনচিংবা নীংথিনা খঙনীংবা মীনা "জ্ঞানগী লম্বী" কৌবা লাইরিক্তা য়েংবিগদবনি।৩।

সমাধিগী ফীবমদা যোগীনা আত্মসাক্ষাৎকার তৌহুনা থরায়পানবা পুম্নমক্তা অমত্ত ওইনা লৈবা আত্মাবু শংশঙনা খঙলবসু সমাধিদগী হৌগত্তুনা প্রারব্ধকর্ম্মগী মতুংইন্না হি হুনা লৈবা মতমদা জীব পুম্নমক্কী অরা নুংঙাই পুম্নমকপু মশামক্কী অরা নুংঙাইগা চপ মান্ননা য়ে হুনা লৈবা যোগী খ্বায়দগী অথোইবনি হায়বসি অসুম্না তাক্লি—

আত্মৌপম্যেন সর্ব্বত্র সমং পশ্যতি যোঽর্জ্জুন।
সুখং বা যদি বা দুখং স যোগী পরমো মতঃ॥ ৩২॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা**:— অর্জ্জুন—হে ধনঞ্জয় য =যোগীহুনা আত্মৌপম্যেন=মশামক্কী মতৌগুম্না, সর্ব্বত্র=খরায়পানবা পূম্নমক্কা সুখং বা যদি বা চ দুঃখং—নুংঙাইববু নত্রগা অৱাববু সমং পশ্যতি=চপ মান্নবা য়েংই (উই) স যোগী—অদুগুম্বা যোগীদু পরম মত=খ্বায়দগী অথোইবনি হায়বসি কৃষ্ণ ঐগী অরেপ্পনি ॥ ৩২ ॥

**অপূনবা অর্থ** — হে অর্জ্জুন। যোগী অদুনা মশামক্কী মতৌগুম্না খরায়পানবা পূম্নমক্কা অৱা নুংঙাই চপ মান্নবা য়েংই অদুগুম্বা যোগীদু খ্বায়দগী অথোইবনি হায়বসি কৃষ্ণ ঐগী অরেপ্পনি ॥ ৩২ ।

অথুপ্পা বা

জ্ঞানীগী অশেংবা মী যেংদা অনীগুবা লৈতবা আত্মা খরায়পানবা পূম্নমক্কা অমত্ত ওইনা লৈরবস্সু ব্যবহারগী মতমদা উপাধি (খাইদোক্লবা মরম) অন্ত করণ (মন) শিং ময়াম ওইনা মশী লাকউমদনা লৈবা মরমদগী অন্ত করণশিংদুগা শম্নবগুম তৌনা লৈরিবা চেতন আত্মা অদুস্সু ময়াম ওইনা মশীং লাকউমদনা শংগনি অদুগা উপাধি ওইবা অন্ত করণশিং খ্বাগবদগী অন্ত করণদা লৈবা অৱা নুংঙাইমচিবা পূম্নমক্কুবু মদুগা শম্নবা লৈবগুম তৌরিবা চেতন আত্মা অদুগনা শংগই অতোপ্পা অন্ত করণগা লোয়নবা শম্নবগুম তৌবা আত্মাহুনা নে। মবা অসিনা জীব পূম্নমক্কা অৱা নুংঙাইনচিংবা চপ মাপদে অমস্তু অমগী অৱা নুংঙাইবু অতোপ্পা অমনা শংশংবা খংদে। অদুমদি ওইরবদা জীব পূম্নমকসি কৌনশা ওইনা অবাবা থাদোকনীংই অমস্তুং নুংঙাইনী ই কনা অমত্ত অৱাবা পামদে। শদুবু বাখল লৈতবা মীনা মশাগী নুংঙাইবদা থিহুনা অতোপ্পশিংবু যাম্না অৱাবা পী মখোয়স্সু মাগুম্না নংঙাইবা পাম্বনি অমস্তুং হিংহুনা লৈনীংবনি হায়বসি করিমত্ত খন্দে। নুংশিংহৈবা খল্লনা অতোপ্পগী মফমদা থোজাল খরদং উ লবস্সু পূম্নমক্কা উত্তে অমস্তুং মশাগী নুংঙাইনবা হোংনবদা অতোপ্পগী অৱাবা য়েংদে। মসি জ্ঞানী ওইবা কনা কনাগুম্বা যোগীশিংদস্সু মখোয়না প্রারব্ধকর্ম্মগী মতুং ইন্না ব্যবহার তৌবা মতমদা উবা ফংই। অশেংবমক্তি মশাগী নুংঙাইবা ফনবা হোংনবগুম্না অতোপ্পবু অৱাবা পীদনা মখোয়গীস্সু নুংঙাইনবা হোংনগদবনি অদুগা মশাগী ফত্তবা তৌদবগুম্না অতোপ্পগী ফত্তবস্সু তৌরোইদবনি। মরম অসিনা অস্মা হায়রি—

প্রাণা যথাত্মনোঽভীষ্টা ভূতানামপি বৈ তথা।
আত্মৌপম্যেন মন্তব্যং বুদ্ধিমদ্ভি কৃতাত্মভি ॥ (মহাভা অনু ১১৫। ১৯)

"মীনা মশাগী থবাযবু য়াম্না নুংশিবগুম্না অতোপ্পা জীবশিংবস্সু মশা মশাগী খরায়শিংবু নুংশিরিবনি। মরম অসিনা লৌশিং শিংবা অমস্তুং মশাগী কান্নবা তৌরিবা মীনা জীব পূম্নমকপু মশাগা চপ মান্নবা খনগদবনি।"

মরম অসিদগী যোগীনা ব্যবহার তৌবা মতমদা জীব পূম্নমকপু মশাগা চপ মান্নবা য়েংহুনা মখোয়গী কান্নবা থবক তৌরবদি মহাক অথোইবা যোগীনি হায়না শ্রীভগবান্না মফম অসিদা তাক্লিবনি ।৩২॥

হৌজিক অর্জ্জুন্না শ্রীভগবান্না তাক্লিবা ধ্যানযোগ অসিগী মরমদা চি নহুনা অস্থুম্না হ জৈ—

অর্জ্জুন উবাচ

যোঽয়ং যোগস্ত্বয়া প্রোক্ত সাম্যেন মধুসূদন।
এতস্যাহং ন পশ্যামি চঞ্চলত্বাৎ স্থিতিং স্থিরাম ॥ ৩৩॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ৹— অর্জ্জুন উবাচ — অর্জ্জুন্না হায়জখি— মধুসূদন — মধু কৌবা হিংচাববু হা পা হে কৃষ্ণ। ত্বয়া — নহাক্না সাম্যেন = পুক্নীংদা লৈবা অপাম মিংহৌনচিংবা পুম্নমকপু লৌথোক্লুনা চপমান্ননা ওইবা য অয়ং যোগ — অসিগুম্বা ধ্যানযোগবু প্রোক্ত — হাংবিখি (তাকপিখি) অহুবু— অহ — ঐদি এতস্য — অসিগুম্বা যোগসিগী, স্থিরাং স্থিতি — লেংদনা লৈবা সমাধিগী ফীবম ন পশ্যামি = ওইগনি হায়বসি উদে, চঞ্চলত্বাৎ — মরমদি পুক্নীং অসি চহাক্না তূম্মিন্না লৈতে ॥ ৩৩ ॥

অপূনবা অর্থ — অর্জ্জুন্না হায়জখি— হে মধুসূদন! পূক্নীংদা লৈবা অপাম মিংহৌনচিংবা পুম্নমকপু পূমলৌ লৌথোক্লুনা চপ মান্ননা ওইবা অসিগুম্বা যোগবু নহাক্না হায়বিখি। অহুবু এদি অসিগুম্বা যোগসিগী লেংদবা ফীবমহু ওইগনি হায়বসি উদে মরমদি পুক্নীং অসি চহাক্না কাওবা তূমিন্না লৈতে॥ ৩৩ ॥

চঞ্চলং হি মন কৃষ্ণ প্রমাথি বলবদ্দৃঢম্।
তস্যাহং নিগ্রহং মন্যে বায়োরিব সুদুষ্করম্। ৩৪॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — কৃষ্ণ — হে কৃষ্ণ। মন চঞ্চলং হি = পূক্নী সি চহাক্না তূম্মিন্না লৈতে য়াম্না চোইনা লৈ হায়বসি তাইবংপান্দা কাওরিবনি, প্রমাথি — (তূম্মিন্না লৈতবদা নত্তনা) হকচাং অমসুং ইন্দ্রিয়শিংবুসু মসিনা নৈথত্তুনা থম্লিবনি বলবং = মসি য়াম্না পাঙ্গল চাউবনি (মানা কংগে লেপ্লিবা অহুদগী কনা অমত্তনা মসিবু থি বা ঙমদে) মসিদা নত্তনা—দৃঢং — মহাক য়াম্না কল্লী (হৌখিবা মপোক কয়ামুক্তা ক খিবা বিষয় ভোগকী সংস্কারশিংহু থম্না লৈবা মরম্না ভোগশিংহুদগী মাবু থিংত্তুনা থম্বসি ওইথোক্লবনি), মরম অসিদগী— তস্য নিগ্রহং = মাবু ফাজিন্দুনা থম্বসিবু, বায়ো ইব = আকাশতা চত্ত না লৈবা নুংশিং ফাবা ওইথোক্লবগুম্না, সুদুষ্করং = তৌবদা ওইথোক্লবনি হায়বসি, অহ মন্যে = ঐনা খল্লি। ৩৪।

অপূনবা অর্থ — হে কৃষ্ণ। পুক্নীংসি যাম্না চোইনা লৈ হাযবসি কাওরিবনি, মানা হকচাং অমসুং ইন্দ্রিয়শিংবুসু নৈথত্তুনা থম্লিবনি, মহাক মপাঙ্গলসু য়াম্না চাউবনি অমসুং কন্নবনি। মরম অসিদগী মাবু ফাবসি নুংশিংপু ফাবগী মতৌগুম্না ওইথোক্লবনি হায়বসি ঐনা খল্লি। ৩৪।

## অথুপ্পা বা

শ্লোক অমী ( মথক্কী ) অসিদা অর্জ্জুনা পুক্নী, অসি ঙক্কাক্কা তূম্মিন্না লৈতে মসিবু ফাজিন্দুনা করম্না সমাধি ওইবা যাগনি হায়বা মতমদা শ্রীভগবানবু "মধুসূদন" অমস্তু, "কৃষ্ণ" হায়বা রাহৈ অনীসিনা কৌরি। মসিগী মনু গী বাদি অসিনি— ভক্তশিংবু অবাবা পীবা মধু কৌবা হিংচাববু হাত্তুনা মথোয়বু নুংঙাইবা পীবগী মতৌগুম্না ভক্তশিংগী পুক্নী দা লৈবা মধুগী মশক ওইবা অপাম মিহৌ পাপনচিংবা পুম্নমকপুস্তু মাঙহনবীত্নুনা নহাক্না ভক্তশিংগী পুক্নী শিংবু লেপহনবীরগা মথোযনা সমাধি তৌত্নুনা নঙোন্দা তিনবগী মশক ওইবা লেঙদবা নুংঙাইবত্বু ফ বা য়ানবা হোংনবিগনি হায়বসি উত্তুনা "মধুসূদন" অস্তুম্না কৌরিবনি। অদুগা অর্জ্জুন্না "কৃষ্ণ" হায়না কৌবগী মরমদি নহাক সাক্ষাৎ সৎ চিৎ আনন্দগী ( নুংঙাইবগী ) মশক ওইবা পরব্রহ্মমক্নি হায়বসি উৎনবগীদমক্নি। কৃষ্ণ কদায়বু কৌবগে হায়বসিবু গোপাল পূর্ব্বতাপন্যুপনিষত্তা অস্তুম্ন' ইরি—

কৃষিভূর্বাচকঃ শব্দো নশ্চ নির্বৃতিবাচক।
তযোরৈক্যং পরংব্রহ্ম কৃষ্ণ ইত্যভিধীয়তে॥ ( ১।১ )

"কৃষ গী অর্থ সৎ নী অদুগা ন গী অর্থ নুংঙাইবনি অনীসিনা তিনবা সৎ অমস্তু, নুংঙাইবগী মশক ওইবা পরব্রহ্মবু কৃষ্ণ হায়না কৌই।"

মরম অসিনা নঙগী ( কৃষ্ণগী ) কৃপা নত্তনা কনা অমত্তনস্তু অসিগুম্বা য়াম্না চোইবা পুক্নীংসিবু ফাজিন্দুনা ধ্যানযোগ তৌবা ঙম্মোই হায়বসি অর্জ্জুন্না খঙহল্লী। অদুগা পুক্নীংবু ফাজিনবসিদি কয়ামুক কনবা অমস্তু লুবা থবকনো হায়বসিবুদি মহর্ষি ঋভুনা নিদাঘবু অস্তুম্না তাক্লি—

অপ্যব্ধিপানান্মহতঃ সুমেরূন্মূলনাদপি।
অপি বহ্ন্যশনাদ্‌ব্রহ্মন্বিষমশ্চিত্তনিগ্রহ ॥ ( ম উ ৩।২ )

"হে ব্রহ্মন। পুক্নীংবু লেঙদনা ফাজিন্দুনা থম্বসি সমুদ্র থকপদগী, অচৌবা মেরু কৌবা চীংবু মাঙহনবগী অমস্তু, মৈবু চাবদগীস্ত থোইনা হেন্না লুই অমস্তু, কল্লী।"

মরম অসিনা পুক্নীংবু ফাজিনবা ঙম্নবা মীবু থাগত্তুনা শ্রীভগবান কৃষ্ণনা উদ্ধবকী মফমদা অস্তুম্না হায়রি—

মনোবশেঽন্যে হ্যভবংস্ম দেবা
মনশ্চ নান্যস্য বশং সমেতি।
ভীষ্মো হি দেবঃ সহসঃ সহীয়ান্
যুঞ্জ্যাদ্বশে তং স হি দেবদেব ॥
( ভাগ ১১।২৩।৪৮ )

"অতোপ্পা মীৎ নাকো নচিংবা ইন্দ্রিয়শিং পূক্নীগী মথা পোন্দুনা লৈ পুক্নীংসিদি অতোপ্পা কনাগীসু মথা পোন্দুনা লৈতে মনসিদি (পূক্নীংসিদি) যামা পাঙ্গল কনবশিংদগীসু থোইনা কনবা অমসুং অকিবগী মশক্তি। মসিবু লাকশিন্নগা মথা পোলহন্দুনা থম্না ঙমলবা মী অহু দেবশিংগী দেবনি (সাক্ষা পরব্রহ্মগী মশক্তি)"

মরম অসিনা পুক্নীংবু ফাজিন্নীংবা অমসুং ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌনীংবা মীনা ঈশ্বরগী কৃপা যংনবগীদমক মতম পুম্নমক্তা নিয়ম কায়দনা মাগী আরাধনা নচিংবা তৌহনা লৈগদবনি ॥ ৩৪ ॥

অর্জুনা চিংনরিবসিগী পাউখুম অসুম্না পীরি—

শ্রীভগবানুবাচ

অসংশয়ং মহাবাহো মনো দুর্নিগ্রহং চলম্।
অভ্যাসেন তু কৌন্তেয় বৈরাগ্যেণ চ গৃহ্যতে ॥ ৩৫ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — শ্রীভগবান উবাচ—শ্রীভগবানা হায়রিবি—মহাবাহো—পাম্বোম চাউবা হে অর্জুন! মন দুর্নিগ্রহ—পুক্নীংসি (মনসি) লাকশিনবদা যাম্না লুই চলং—যাম্না চোইনা লৈ হায়রসিদা অসংশয—কবিমত্ত চি নফম লৈতে তু—অহমনদি ওইরবদা কৌন্তেয়—কুন্তীগী মচা হে অর্জুন! অভ্যাসেন—মাবু ফাজিনবা উপায়শিংবু হন্না হন্না হো নবা বৈরাগ্যেণ চ=অদুগা সংসারগী বিসয়শিংদগী মায ও ন্থাকপা (নখোযন্না দোষ যেংহনা থহনা মথেংথবু পামদবা) উপায় অনীসি পুনা তৌরগা গৃহ্যতে=পুক্নীং লাকশিনবা যাই ॥ ৩৫ ॥

**অপূনবা অর্থ**—শ্রীভগবানা হায়রিবি—পাম্বোম চাউবা হে অর্জুন। পুক্নীংসি লাকশিনবা যাম্না লুই অমসুং মহাক যাম্না চোইনা (ইরাঙ লাঙদুনা) লৈ হায়রসিদা কবিমত্ত চি নফম লৈতে অহমক ওইরবসু কুন্তীগী মচা হে অর্জুন! অভ্যাস অমসুং বৈরাগ্য কৌবা উপায অনীসিনা পুক্নীবু লাকশিনবা য়াই ॥ ৩৫ ॥

অথুপা বা

অর্জুনা শ্রীভগবানবু "মধুসূদন" অমদি "কৃষ্ণ" কৌহনা অহানবা মথক্কী শোক অনীদা মাগী পুক্নীংগী বা তাকপগী মতোগুম্না শ্লোক অসিদসু শ্রীভগবানা অর্জুনবু "মহাবাহো" অমসুং "কৌন্তেয়" কৌহনা মাগী পুক্নীংগী বা তাক্লি—হে অর্জুন। নহাক্তি নপাম্বোম যাম্না কনবা মরম্না যেকুবশিং যাম্না লাযনা খুহম চন্দুনা লাকশিনবা ঙম্লিবনি মহাদেব ফাওরবুসু নংগক্না মল্লযুদ্ধদা পেল ন্দুনা মঙোন্দগী ফংঙমদ্রবা পাশুপাত কৌবা খু শাই লৌরিবনি। মরম অসিনা পুক্নীংবু খুহম চন্দুনা লাকশিনবা অসিদি নংগীদমক থোইনা লুবা থবক নত্তে। কৃষ্ণ ঐনসু নংগী নতেং পাংবিগনি নহাক্তি ঐগী ঈপা বসুদেবগী মচন (ঈচে) কুন্তীগী মচানি, মরম অসিনা নংগক্কী নতেং ঐনা

করম্না পাংলোইদৌরিবনো ? অদুমক ওইদুনস্সু পুক্নীংবু মমদুম্না পুনমক কাত্থিনবসি যাম্না লুম্না থোকই। মরম অসিনা তপ্না তপ্না মাবু থেমজিল্লগা লাকশিন্নবা উপায়দি অভ্যাস অমসু বৈরাগ্য অনীসিনি। অনী অসিবু পন্না তৌদুনা হোংদ্রবদি পুক্নীংবু লাকশিনবা লায়না থোক্নি।

মসিনি শ্রীভগবান্না অর্জ্জুনবু তাকপদা মনুংগী অপূপ্পা বা। অদুমক ওইদুনসু শ্রীভগবান্না হায়রিবা বাসি সুপ্না অর্জ্জুনগীদমক্তসু নত্তে মাগী ভক্ত ওইবা অমসুং ধ্যানযোগ তৌদুনা মশাগী মশক শ্ঙনীংবা মী শিংগীসুনি। মরম অসিনা যোগদর্শনদসু অসুম্না হায়রি—"অভ্যাস বৈরাগ্যাভ্যাং তন্নিরোধ" ( ১।১২ )—"ধ্যান তৌনবা হন্না হন্না হোংনদুম্না লৈবা অমসং সংসারগী পোংশিংগী অপম্বা থাদোকপা অনীসিনা পুক্নীংবু লাকশিনবা য়াই।" মসিদা অভ্যাস কৌবনো শাযবদু অসুম্না তাক্লি—"তত্র স্থিতৌ যত্নোঽভ্যাস" ( ১।১৩ )—"সৎ চিৎ আনন্দগী মশক ওইবা আত্মাদা অনীলোওদবা পুক্নীংবু থম্বা ওম্নবা তত্তনা হোংনবসি অভ্যাসনি। মসি পুক্নী চাউখ না অমসুং থাজবগা লোয়ননা মতম কুইনা হোংনগদবনি মদুতদা মহৈ য়ানগনি। অদুবু সংসারগী পোং চৈশিংদা পুক্নীং চওদুনা লৈববদি কদৌউদসু মহৈ য়ানবা য়ারোই। মরম অসিনা মসিগা লোয়ন লোয়নবা হায়বদি ধ্যানগী অভ্যাসকী মতমদগী অতোপ্পা মতমদা সংসারগী পোংশি গী মরমদা বিচার তৌরগা মখোয়গী ফত্তবা য়েংলগা মখোয়দা অপাম্বা থাদোকুবসু কন্না হোংনগদবনি। অসুম্না অপাম্বা থাদোকপসিগী মমিং বৈরাগ্যনি। বৈরাগ্য অসিসু অপর ( খরা থোইবা ) অমসুং পর ( য়াম্না থোইবা ) খেন্নবদগী অনীথোক্লা হায়রি। অদুগা অপর বৈরাগ্যগী মনুংদসু ফীবম খেন্নবদগী— (১) যতমানসংজ্ঞা (২) ব্যতিরেকসংজ্ঞা (৩) একেন্দ্রিয়সংজ্ঞা অমসুং (৪) বশীকারসংজ্ঞা হায়না মরীথোক্লা খায়রি। মদুদা (১) যতমানসংজ্ঞা—অপাম মিহৌনচিংবা পুক্নীংদা লৈরিবা দোষ শংবু পুক্নীংগী অমোংপা কৌই। অসিগুম্বা অমোংপশিংসিনা মীং নাকোং-নচিংবা ইন্দ্রিয়শিংবু মখোয় মখোয়গী রূপ শব্দনচিংবা ( মওঙ মশক রহৈ খোঞ্জেলনচিংবা ) বিষয়শিং দা থৌজিল্লী। অসুম্না থৌজিন্নীবদুবু থিংননবা হোংনবসি যতমানসংজ্ঞা" কৌবা বৈরাগ্যনি। মসি করম্না হোংনগদগে হায়বসিবু অসুম্না তাক্লি—"মৈত্রীকরুণামুদিতোপেক্ষাণাং সুখদুঃখ পুণ্যাপুণ্যবিষয়াণাং ভাবনাতশ্চিত্তপ্রসাদনম্" ( যোগদ ১।৩৩ )—"নুংঙাইবা, অৱাবা পুণ্য লৈবা অমসুং পাপী ওইবা মী শিংগী মফমদা মথং মনাও মাইম্না মরূপ, থৌজাল, হৱাউবা অমসু থোওইদবগী রাখল তৌবদগী পুক্নীং শে দোক্লকুম্বা পুক্নীংদা অপাম মিহৌনচিংবা লৈরক্তে মদুদগী পুক্নীং মকা লামই।" মসিবু শব্দোক্লা হায়রবদি তাইব পানবদা নুংঙাই-য়াইফনা লৈরিবা মী পুম্নমক্কী মফমদা মরূপকী রাখল তৌগদবনি, মদুদগী মখোয়গী মফমদা কল্লক মিহৌ লৈরক্তে মরমদি কল্লক-মিহৌ তৌরবদি মরূপ্নি হায়বা য়াদে মরূপকী নুংঙাইবা য়েংল উবগা মশামক নুংঙাইনা পেন্না লৈবা মীদু অশেংবা মরূপ্নি। অদুগা অৱাবদা তাদুনা লৈবা মী শিংগী মফমদদি থৌজাল তৌগদবনি, মদুদগী পুক্নীং য়াম্না থোংলকই। পুণ্য তৌদুনা লৈবা মী শিংবু উবগা

অমসুং মখোয়গী থবকশিংবু খঙলগা হন্নাওগদবনি মতুদগী পুক্নী য়াম্না মকা লান্নকই অদুগা পাপী ওইবা মী শিংবুদি থোওইনা তোৱোইদবনি, মখোয়না কন্বি তৌবগে অমসুং তৌগদগে অসিনচি বা পুম্নমক পুক্নীদা খল্লোইদবনি, মতু খল্লবদি পুক্নীদা নুংঙাইতবা পোক্লকই অদুগা থোওইদনা লৈব্বদি অসিগুম্বা বাখল পোক্কবা মরম্না পুক্নী দা নুংঙাইতবনচি বা অমত্ত পোক্কে। মতৌ অসুম্না পুক্নীবু থম্নবা হোৎনবসিবু "যতমানসংজ্ঞা" বৈরাগ্য কৌই।

(২) ব্যতিবেকসংজ্ঞা— মতৌ অসুম্না মুংঙাই য়াইঙ্কবনচিংবা মী পুম্নমক্কী মফমদা মরূপ নচিংবগী বাখল খন্দুনা লৈবদগী মী অমুনা কনাগুম্বগী মফমদা অসিগুম্বা বাখলসি থম্বা ঙম্লে নত্রগা থম্বা ঙমদ্রি অসিনচিংবা খঙদুনা অঙম্বা মফমদা বাখল কায়দনা থম্নবা অমসুং ঙমদ্রিবা মফমদা বাখলদু পুরক্নবা অমমম ওইনা হোৎনববু "ব্যতিবেকসংজ্ঞা" বৈরাগ্য কৌই।

(৩) একেন্দ্রিয়সংজ্ঞা—মথক্তা হাযব্রিবা বৈরাগ্যশিংগী মপুং ফারবদা পুক্নীদুনা ইন্দ্রিয়শিংবু মখোয়গী বিষয়শিংদা থোজিন্দ্রবসু মরক মরক্তা হান্না লৈহৌবা বিষয়শিংগী সংস্কারদগী ইন্দ্রিযশিংবু মখোযগী বিষযশিংদা থোজিনবা প ম্লকপা পুক্নীবু লাকশিন্নবা হোৎনবসি "একেন্দ্রিযসংজ্ঞা (পুক্নী ওইবা ইন্দ্রিয অমত্তবু লাকশিন্নবা হোৎনবা) বৈরাগ্যনি।

(৪) বশীকাবসংজ্ঞা—অদুবু মথক্কী বৈরাগ্য অহুম অসি বশীকারসংজ্ঞা কৌবা বৈরাগ্যদা মনু চনবা মরমদগী মখোয় অহুমসিবু তাক্তুনা মরিগুবা বশীকারসজ্ঞা বৈরাগ্য কদাযবু কৌই হায়বসিবু যোগদর্শনদা অসুম্না তাক্লি—"দৃষ্টানুশ্রবিকবিষযবিতৃষ্ণস্য বশীকাবসংজ্ঞা বৈবাগ্যম (১। ৫)—"তাইবংপানবসিদা উবিবা অমসুং খঙলিবা পোৎশিং অদুগা উদবা পোৎশিং সুপ্না শাস্ত্রনচিংবনা তাক্নুনা খঙবা স্বর্গনচিংবগী নুংঙাইবা অসি পুম্নমকপু সুকপাম পামদ্রবা মীদুগী "বশীকাবসংজ্ঞা" কৌবা বৈরাগ্য ওই।" হায়রিবা বৈরাগ্য অসি ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌরিবা মীদুগী সংপ্রজ্ঞাত সমাধি ওইনবা অথোইবা উপায়নি। সংপ্রজ্ঞাত সমাধিদা ধ্যান ধ্যেয অমসুং ধ্যাতা অহুমসিগী জ্ঞান লৈ মসি নত্তনা অতোপ্পগী জ্ঞান লৈতে অদুমক ওইদুনসু অহুমসিগী জ্ঞান লৈবা মরমদগী মসিবু সবিকল্পক সমাধি হায়নসু কৌই। অদুগা পব বৈরাগ্যদি অসংপ্রজ্ঞাত সমাধি গী উপায়নি। মসিবু যোগদর্শনদা অসুম্না হায়রি—"তৎপবং পুরুষখ্যাতের্গুণবৈতৃষ্ণ্যম্ (১।১৬)—"অপর বৈরাগ্য ওইদুনা মীদুনা স প্রজ্ঞাত সমাধিগী অভ্যাস তৌদুনা লৈবদগী চেতনগী মশক ওইবা আত্মাবু প্রকৃতিদগী তোপ্পা অমসুং শম্নদনা খঙলবদা প্রকৃতিগী সত্ত্ব, রজ অমসুং তম গুণ অহুমসিগী থবকশিংদা অপাম্বা শূকপোক পোক্তবসি পব বৈরাগ্যনি।" মসিদগী অসংপ্রজ্ঞাত (নির্ব্বিকল্পক) সমাধি ওইদুনা (ধ্যান অমসুং ধ্যাতাগী জ্ঞান থাদোক্নুনা সুপ্না ধ্যেয় আত্মামক্তগী জ্ঞান ওইদুনা) মীদুনা আত্মাগী মশকপু শংশঙনা খঙলগা কৈবল্য মোক্ষ ফংই। মতম অদুদা মীদুনা কন্বি বাখল খনবগে হায়বসিবু যোগভাষ্যকার বেদব্যাসনা অসুম্না ইরি—'প্রাপ্তং প্রাপণীয়ং, ক্ষীনাঃ ক্ষেতব্যা ক্লেশা

ছিন্নঃ শ্লিষ্টপর্ব্বা ভবসংক্রমঃ যস্যাবিচ্ছেদাজ্জনিত্বা ম্রিয়তে মৃত্বা চ জায়ত ইতি॥" "ফ,বদা মতীক চাবা কৈবল্য মোক্ষতু ঐবা ফ,লে, মাগুহনবদা মতীক চাবা অবিদ্যা (অজ্ঞ ন) নচি,বা অরাবশি,বু ঐনা মাগুহল্লে, মথ, মথ, শয়তুনা লৈরম্বা ঐগী স,সার চক্র ককপ্রে ( কায়প্রে ), স,সারচক্রসি কায়দবদগী মীনা পোক্লগা শিবা অমস্তু শিরগা পোকপা তৌতুনা লৈরিবনি। মরম অসিদগী পুক্নী,দা বৈরাগ্য পোকহনবগা লোয়ননা ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌগদবনি। পুক্নী,দা বৈরাগ্য পোকহনবা উপায়দি স,সারগী পোৎশি,দা দোষ ( ফত্তবা ) য়ে বা নত্তুনা অতোপ্পা উপায় অমা লৈতে। মরম অসিনা অস্থুম্না হায়রি—

'স,সারদোষ দৃষ্টৈব নিবর্ক্তির্জায়তে সদা।" ( না প উ ৬। ১৭ )— "মতম পুম্নমক্তা স,সারদা দোষ য়েংতুনা লৈবদগী পুক্নী,দা বৈরাগ্য পোকই।" মসিদস্তু থ্বায়দগী অহানবদা মশামক্তী হকচা, য়েংতুনা মহু করিনো অমস্থু, করিনা শাবনো হায়বসি খঙলগা মহুদগী বৈরাগ্য ওইনবা হোংনগদবনি। মসিদগী বৈরাগ্য পোকহনবা ডমত্রবদি অতোপ্পা পোৎশি,দগী বৈরাগ্য ওইবসিদি ওইথোক্তবা অমনি। মসিবুস্থু অস্থুম্না হায়রি—

স্বদেহাহশুচিগন্ধেন ন বিবজ্যতে য পুমান্
বিবাগকাবণ, তস্য কিমন্যদুপদিশ্যতে॥
( মুক্তি উ ২। ৬৬)

"মশাগী হকচা গী শে,দবা অমস্থু, নমথিবা মনম অতুদগী বৈরাগ্য পোক্তবা মীতুগীদমক বৈরাগ্য পোক্লবা করম্বা উপায় অমগী উপদেশ পীগনি।'

মাংসাহসৃক্‌পূযবিন্মূত্র স্নায়ুমজ্জাস্থিসংহতে।
দেহে চেৎ প্রীতিমান্মূঢ়ো ভবিতা নবকেহপি সঃ॥
( না প উ ৪। ২৮)

"শা ঈ, নাই থী যু, শি,লী তো, ( শাদো, ) অমস্থু, শরুশি,বা তিন্দুনা শাবা হকচা,সিদা মীতুনা পেন্দুনা পুক্নী, থি,জিল্লগা লৈরবদি, মহাক শোয়দনা নরকস্থু পেন্দুনা লৈগনি।"

মরম অসিনা মীনা মশাগী হকচা,দগী হোতুনা দোষ য়েংলগা ( থিরগা ) স,সারদগী বৈরাগ্য ওইনবা হোংনগদবনি।

অতুগা আত্মাগী মরমদা অহানবদা বিচার মী,থিনা তৌদনা ধ্যানযোগগী অভ্যাসস্থু নি,থিনা তৌবা য়াদে। মরম অসিনা অভ্যাসগী মরমদা অস্থুম্না হায়রি—

তচ্চিন্তনং তৎকথনমন্যোন্যং তৎপ্রবোধনম্।
এতদেকপবত্বং চ ব্রহ্মাভ্যাসং বিদুবুধা॥
( যোঃ বা ৩। ২২। ২৪ )

"সৎ চিৎ-আনন্দ ব্ৰহ্মগী মশক ওইবা আত্মাগী মরমদা বিচার তৌবা, মহুগী মরমদা হায়বা অমসা অমবু মহু খণ্ডহনবা অমস্তু, মহু (আত্মতত্ত্বহু) ময়াম নত্তে, সূপ্না অমত্তমি হায়না পুক্নী͘দা থাজনবা হোৎনবসি ব্ৰহ্মগী অভ্যাসনি।"

অস্থুম্না হোৎনরবতদা পুক্নী͘বু লাকশিনবা ঙম্নক্নুনা ধ্যানযোগ মপু͘ ফাগদবনি। পুক্নীংবু অহানবমক্তদা নমহুমা লাকশিন্নবা হোৎনবদি অরেম্বদা তাগনি, মহুদগী কদৌঙৈদস্থু পুক্নী͘সি ধ্যানযোগদা চঙবা ঙম্মোই। মসিগী মরমদস্থু শ্রীরামচন্দ্রনা হনুমানগী মফমদা অস্থুম্না হায়রি—

ন শক্যতে মনো জেতুং বিনা যুক্তিমনিন্দিতম্।
অঙ্কুশেন বিনা মত্তো যথা দুষ্টমতঙ্গজ ॥
অধ্যাত্মবিদ্যাধিগম সাধুসঙ্গতিরেব চ।
বাসনাসংপরিত্যাগঃ প্রাণস্পন্দননিরোধনম্ ॥
এতাস্তাঃ যুক্তয পুষ্টা সন্তিচিত্তজযে কিল।
সতীষু যুক্তিষ্বেতাসু হঠান্নিযমন্তি যে।
চেতসো দীপমুৎসৃজ্য বিচিন্বন্তি তমোহঞ্জনৈঃ।
বিমূঢা কর্ত্তুমুদ্যুক্তা যে হঠাচ্চেতসো জযম্।
তে নিবধ্নন্তি নাগেন্দ্রমুন্মত্ত বিসতন্তুভি।

(মুক্তি উ ২।৪৩ ৪৭)

"মহী তানা লৈবা (মচুম তাবা) ফত্তবা শামুবু অঙ্কুশ য়াওদনা লাকশিনগে (ফাজিনগে) হোৎনবগী মতৌঙম্না অফবা যুক্তি ওইবা উপায়শিং য়াওদনা পূক্নী͘বু জয় তৌগে হোৎনবসি অরেম্বনি। যুক্তিশিং অহুদি মসিনি— অধ্যাত্মবিদ্যাবু (আত্মাগী মরী লৈনবা শাস্ত্রবু) নীংথিনা খঙবা, সাধুশিংগা (অফবা মী শি গা) লোয়ননা তিন্নবা, অপাম্বা থাদোকপা অমস্তু͘ প্রাণবু প্রাণায়াম তৌহুনা থিংবা মসি পূম্নমকসি পূক্নী͘বু জয় তৌনবা অথোইবা উপায়শিংনি (যুক্তিশিংনি), উপায়শিংসি লৈন লৈনমক মী শিংহুনা নমহুনা পূক্নী͘বু লাকশিনগে হোৎনবসিদি থাংমৈবু থাদোক্লগা কালিনা (ভেজালিনা) অমস্বা কোকহনগে হোৎনবগী মতৌঙম্বনি। অপঙবা মী শিংহুনা পূক্নী͘বু নমহুনা জয় তৌগে হোৎনম্নিবহু মখোয়না অঙাওবা শামুবু থম্বালগী লংজানা পুনগে হোৎনবনি।"

মরম অসিনা ধ্যানযোগ তৌনীংবা মীনা মথক্তা হায়রিবা উপায়শিংগা লোয়ননা অভ্যাস তৌনবা হোৎনগদবনি, মহুতদা মহৈ যাবগনি ॥ ৩৫ ॥

যৌক্তিক ধ্যানযোগগী উপদেশ লোইশিন্দুনা শ্রীভগবান্না অস্থুম্না হায়রি—

অসংযতাত্মনা যোগো দুষ্প্রাপ ইতি মে মতিঃ।
বশ্যাত্মনা তু যততা শক্যোঽবাপ্তুমুপাযতঃ ॥ ৩৬।

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**— অসংযতাত্মনা = পুক্নীংবু লাকশিন্দুনা থমদবা মীনা, যোগ দুষ্প্রাপ = ধ্যানযোগসি ফংবদা ওইথোক্তবনি, বশ্যাত্মনা তু = অদুগা পুক্নী‌ংবু মথাপোন্দুনা (লাকশিন্দুনা) থম্লবা, উপায়ত যততা = অভ্যাস, বৈরাগ্যনচিংবা উপায়শিংনা হোৎনরিবা মীনদি, অবাপ্তুং শক্য = যোগসিবু ফংবা ঙমগনি, ইতি মে মতি = মসি ঐগী অয়েক্পা রাখলনি ৷ ৩৬ ॥

**অপূনবা অর্থ** — পুক্নী বু লাকশিন্দবা মী ধ্যানযোগসিবু ফ বদা ওইথোক্তবনি, অদুগা পুক্নী বু মথাপোন্দুনা থম্লবা (ল কশিল্লবা) অমসুং অভ্যাস বৈরাগ্যনচিংবা উপায়শিংনা হো নরিবা মীনদি ফ বা ঙমগনি হায়বসি কৃষ্ণ এগী অয়েক্পা বাখলনি ॥ ৮৬ ॥

## অথৃপ্পা বা

মথক্তা শ্লোক কযামুক্তা শন্দোক্লা তাকখিবা ধ্যানযোগবু শ্লোকসিদা লোযশিন্দুনা শ্রীভগবান্না যাম্না শম্না মরুওইবা বা তাক্লি মহৃদি— য়াম্না কন্না অভ্যাস তৌরবসু বৈরাগ্য লৈতবা মরমদগী পুক্নী‌ং ফাজিনবা ঙমদ্রবদি কদৌঙেদসু ধ্যানযোগ সিদ্ধ ওইবা য়ারোই অদুগা বৈরাগ্যনা পুক্নীংবু খুদুম চম্বা মীনদি অভ্যাসনচিংবা উপায়শিং তৌহনা হোৎনরগা ধ্যানযোগ সিদ্ধ তৌবা য়াগনি। মরম অসিনা সাংখ্যদর্শনদসু অসুম্না হায়রি— "রাগোপহতির্ধ্যানম্" (৩। ‿ )— "পুক্নী দগী অপাম মিহৌনচিংববু মাঙহনবসি ধ্যাননি।" 'বৈরাগ্যাদভ্যাসাচ্চ" (৩। ৩৬)— "ধ্যান অদুদি বৈরাগ্য অমসুং অভ্যাসদগী সিদ্ধ ওই। মসিদা কপিলমহর্ষিনা বৈরাগ্যবু হান্না মকোক ওইনা লৌই অমসুং অভ্যাসপু কোন্না লৌই অদুগা পতঞ্জলি মহর্ষি অমসুং শ্রীভগবান্নদি অভ্যাসপু হান্না লৌই। অংমক ওইদুনসু শ্রীভগবান্না বৈরাগ্যনাপুক্নী লাকশিন্দ্রবদি অভ্যাসনা ধ্যানযোগ ফংবা ঙম্মোই অমসু পুক্নী‌ং লাকশিল্লবা মীনা অভ্যাস তৌরবদি ফংবা ঙমগনি—অসুম্না তাকপা অসিদগী কপিলগী মতৌগুম্না অভ্যাসদগী বৈরাগ্য অহান্বা উপায়নি হায়বসি খঙহল্লী। বৈরাগ্য লৈতনা কদৌঙেদসু পুক্নী‌ং তপ্পা য়াদে অদুগা তপ্তবা পুক্নীংনা ইন্দ্রিয়শিংবু ফাজিনবা ঙমদে ইন্দ্রিয়শি বু যাজিন্দ্রবদি স সারগী পোৎশিংদা মখোয়না চৎপা ময়েক্লি। কঠোপনিষত্তা যমরাজনা নচিকেতাগী মফমদা হায়বগী মতুং ইম্না ঐখোয়গী হকচাংসি রথ (দে লাই) অমনি দোলাইসিবু চিংনবা শগোলশিংদি মীৎ নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয় শিংনি, মখোয়গী মচীন্দা হাপ্লগা থোনবা লগাম (চুপলী নত্রগা চীনবুন) দি পুক্নী‌ংনি, অদুগা বুদ্ধি (অফ ফত্ত খঙলিবা রাখল) সারথিনি (দোলাই থোবনি) অমসুং দোলাইদুদা ফমলিবদি জীবাত্মানি, অদুগা শগোল ওইবা ইন্দ্রিয়শি দুনা চৎনবা নিশা ওইবা লম্বীদি সংসারগী ভোগ্য ওইবা পোৎশিংনি। মদুদা স রথি ওইবা বুদ্ধনা ফত্তবা রাখল তৌদুনা পুক্নীংগী মশক ওইবা লগাম (চুপলী) ফাজিন্দ্রবদি অমসুং কোম্না থাদোক্লনা চৎহল্লবদি করি ওই হায়বসিবু অসুম্না তাক্লি—

'যস্ত্ববিজ্ঞানবান্ ভবত্যযুক্তেন মনসা সদা। তস্যেন্দ্রিয়াণ্যবশ্যানি দুষ্টাশ্বা ইব সারথে ॥"

(কঠ ১।৩।৫) 'বুদ্ধি ওইবা সারথি অদু রাখল লৈতবা অমসু মতম পুম্নমক্তা পুক্নী‌ং ওইবা লগাম

(চুপলী) ফাজিনবা ঙমদবা ওইরবদি দোলাই থোৌবা মীগী (সারথিগী) ফত্তবা শগোলশিংগী মতৌগুম্না মহাক্কী (বুদ্ধি ওইবা সারথিগী) শগোল ওইবা ইন্দ্রিয়শিংহ মখা পোন্না লৈতে।"

অসিগুম্বা বুদ্ধি ওইবা ফত্তবা সারথিনা থোৌহনা চংলিবা দোলাই অহ্নদা ফমলিবা জীব আত্মাগী করম্বা ফীবম ওই হায়বহুম্ব অস্মুম্না তাক্লি— "যস্ত্ববিজ্ঞানবান্ ভবত্যগনস্ক সদাঽশুচি। ন স তৎপদমাপ্নোতি সংসারং চাধিগচ্ছতি॥" (কঠ ১/৩/৭)— "জীবগী সারথি বুদ্ধি অহু রাখল লৈতবা পুক্নীংবু ফাজিন্দবা অমস্বং মতম পুম্নমক্তা শেংদনা লৈবা ওইরবদি জীবাত্মাহনা অরান খুবম ফংবা ঙমদে মহাক তাইবংপানতবু ফ হুনা লৈ।" অহ্নগা অফবা সারথিগী মরমদস্ব অস্মুম্না হায়রি— "যস্তুবিজ্ঞানবান্ ভবতি যুক্তেন মনসা সদা। তস্যেন্দ্রিয়ানি বশ্যানি সদশ্বা ইব সারথে॥ (কঠ ১।৩।৬)— "বুদ্ধি ওইবা সারথি অহু রাখল লৈবা অমস্ব মতম পুম্নমক্তা পুক্নীং ওইবা লগামবু ফাজিন্দুনা থম্বা ঙম্নবদি দোলাই থোৌবা মীগী অফবা শগোলশিংগী মতৌগুম্না মাগী (বুদ্ধিগী) শগোল ওইরিবা ইন্দ্রিয়শিংহুস্ব মখা পোন্না লৈ। মহুদগী দোলাই তোংলিবা জীবাত্মাগী করম্বা ফীবম ওই হায়বসিবু অস্মুম্না তাক্লি— "সস্তু বিজ্ঞানবান্ ভবতি সমনস্কঃ সদা শুচি। স ত তৎপদমাপ্নোতি যস্মাদ ভূযো ন জায়তে॥ (কঠ ।।৮) "জীবগী সারথি ওইবা বুদ্ধিহ রাখল লৈবা পুক্নীংবু ফাজিন্দুনা থম্বা অমস্বং মতম পুম্নমক্তা শেংনা লৈবা ওইরবদি জীবাত্মা অহুনা অরান খুবম ফ ই, মহাক মহুদগী অমুক হন্না পোক্তে'

মতৌ অস্মুম্না হায়রিবসি মশাগী মশক শংশঙনা খঙনীংহুনা ধ্যানযোগ তৌবা মী শি মীনি। মসিদা ফনা ফনাগুম্বশিংনা অসিগুম্বা ধ্যানসি তৌবা ঙমদবদগী মওঙ নাইবা অমস্বং নীংনী বা দেব অমগী ধ্যান তৌনী বা থোক্লবস্ব মহুগীদমক অস্মুম্না তাক্লি— "ঈশ্বরপ্রণিধানাদ্বা" (যোগ ১।১০)— শ্রদ্ধা অমস্বং ভক্তিগা লোয়ননা ঈশ্বরগী উপাসনা তৌবদগী মাগী কৃপানা মরম ওইহনা পুক্নীং শেংদোকখিহনা য়াম্না থুনমক অস প্রজ্ঞাত সমাধি ফংগনি।" 'যথাভিমতধ্যানাদ্বা" (যোগদ ১। ৩৯)— মসি নত্রগা মীহুনা অপাম্বা অমস্বং মওঙ লৈবা শ্রীকৃষ্ণনচিংবা লাইশিংগী ধ্যান তৌবদগীস্ব অসংপ্রজ্ঞাত সমাধি ফ বা য়াগনি।" মসিদা মথং মনাও নাইনা অভ্যাস করম্না তৌগদগে হায়বসিবুস্ব অস্মুম্না তাক্লি— 'দেশবন্ধশ্চিত্তস্য ধারণা" (যোগদ' ৩।১)— 'করিগুম্বা থমনীংবা মফম অমদা পুক্নীংবু লেংঙদনা থম্বা ধারণানি।" ধ্যান তৌগে হায়না পুক্নীং তপ্না ফহবা মতুংদা নীংনীংবা লাইহুগী মশকপু পুক্নীংদা থম্লগা মহুবু লাইবক্তা, নাত্তোন মতোন্দা থম্মোইদা নত্রগা থোয়দোনচিংবা থমনীংবা মফম অমদা থম্লগা মহুদগী পুক্নীং লেংঙহন্দবসিবু ধারণা কৌই। [illegible] অস্মুম্না ধারনা তৌহুনা পুক্নীং লেংঙহন্দনা থম্লবদা— "তত্রপ্রত্যযৈকতানতা ধ্যানম্" (যোগদ ৩।২)— "থম্মোইনচিংবা থম্লংবা মফমদা থমলিবা নীংনীংবা লাইহুগী মশক মওঙগী রাখল অহ্নদা অত্তোপ্পা রাখল অমা লাকহন্দহনা ঈশিংগী ঈচেলগুম্না পুক্নীংগী ঈচেল চেন্দুনা লৈবসি ধ্যাননি।" ধ্যানগী ফীবমসিদা পুক্নীংস্নি নীংনীংবা লাইগী মওঙ লোদুনা লৈ।

মতৌ অসুম্না ধ্যান নীংথিনা ওইরবদা মতমক সমাধিগী মশক ওইরকই হায়বসিবু অসুম্না তাক্লি—"তদেবার্থমাত্রনির্ভাসং স্বরূপশূন্যমিব সমাধিঃ" (যোগদ ৩।৩)—"ধ্যান অহুমক নীংলিবা লাইহুগী মওঙ ওইনা চান্দুনা লৈরবদি অমসুং মশাগী (ধ্যানগী) মওঙ লৈতবগুম তৌরবদি সমাধিগী মশক ওই।" মসিগী মমুংগী বাদি অসিনি—ধ্যানগী মতমদা ধ্যাতা (ধ্যান তৌরিবা মী) ধ্যান (ধ্যান ওইবা থবক) অমসুং ধ্যেয় (নীংলিবা (লাইহুগী মওঙ) অহুমসি খঙহুনা লৈ। মহুদা অভ্যাস নীংথিনা তৌবদগী ধ্যাতা অমসুং ধ্যান অনীমকপু কাউথোকপগুম তৌহুনা সুপ্না ধ্যেয় (নীংলিবা লাইহুগী মওঙ) অহুমখক্ত লৈহৌরবদি ধ্যান অহুমক সমাধিগী মওঙ ওই। "ত্রযমেকত্র সংযমঃ" (যোগদ ৩।৪)—"মতৌ অহুম্না ধারণা, ধ্যান অমসুং সমাধি অহুম অসি পুম্নপ তিল্লবতদা মহুবু যোগশাস্ত্রদা "সংযম" কৌই।" মহুম অসিনা অহুম অসি তিন্দুনা সংযম ওইরবতদা মীনা নীংনীংনা লাইগী মহুমদসু অসংপ্রজ্ঞাত সমাধি ফংবা ঙমগদবনি।৩৬।

মশাগী (আত্মাগী) মশক খঙনবা ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌহুনা লৈরবসু যোগগী মহৈ অসংপ্রজ্ঞাত সমাধি ফংদনা মরক্তা মীহুনা শিখিবা থোক্লবদি করম্না মহৈ ফংগনি হায়বসিবু অর্জুনা হংলি—

অর্জ্জুন উবাচ

অযতি শ্রদ্ধযোপেতো যোগাচ্চলিতমানসং।
অপ্রাপ্য যোগ সংসিদ্ধিং কাং গতিং কৃষ্ণ গচ্ছতি॥ ৩৭॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা :**— অর্জ্জুন উবাচ=অর্জ্জুনা হায়রখি (হংখি), কৃষ্ণ=ভক্তশিংগী পাপ শিংবু কোকহনবীহুনা নশামক্তা তিলহনবীবা হে ভগবন। শ্রদ্ধয়া উপেত=গুরু অমসুং বেদান্ত নচিংবা শাস্ত্রশিংনা তাকপা উপদেশ (পাউতাক) শিংদা য়াম্না থাজবা, অযতি—খর খর হোৎ নরবসু য়াম্না কন্নদি হোৎনবা ঙমদবা মহুম অহুদগী— যোগাৎ=অভ্যাস তৌহুনা লৈরবসু বৈরাগ্য থরা রাৎপনা যোগ অহুদগী, চলিত মানস—পুক্নীং চোইথ্রবা মীহুনা, যোগ সংসিদ্ধিং=ধ্যানযোগগী মহৈ আত্মাবু শংশঙনা উবা অহুবু, অপ্রাপ্য—ফংবা ঙমদনা শিখিবা থোক্লবদি, কাং গতি—করম্না খবমবু, গচ্ছতি=ফংই।৩৭॥

**অপুনবা অর্থ :**— অর্জ্জুনা হংখি— হে কৃষ্ণ। শ্রদ্ধা য়াম্না লৈরবসু মতীকচানা হোৎনদবদগী যোগগী অভ্যাস তৌবদগী পুক্নীং চোইথ্রবা মীহুনা যোগগী মহৈ আত্মসাক্ষাৎকার তৌবা ঙমদনা শিখিবা থোক্লবদি (মানা) করম্না খুবম ফংই।৩৭।

অথুপ্পা বা

প্রারব্ধকর্ম্মগী মহুমদা কনা অমত্ত নীংথিনা অয়েপ্পা হায়বা ঙমদে। কনানা য়াম্না পীক্লিঙৈদা শিং, কনানা মতম য়াম্না কুইনা হিংহুনা লৈ, কনা অমনা য়াম্না য়ানা লৈ, অহুগা কনা অমনা য়াম্না নুংঙাইনা লৈ, মসি পুম্নমকসি প্রারব্ধ কর্ম্মগী মতুং ইন্না ওইরিবনি। মতৌ অসুম্না কনাগুম্না

য়াম্না থাজনা মশাগী মশক খঙগে নীংথুনা ধ্যানযোগ তৌনবা হোংবরবস্তু— "শ্রেয়াংসি বহুবিঘ্নানি ভবন্তি মহতামপি"— "অচৌ অচৌবা মী শিংমীস্তু অফবা থবক্তা য়ৈথায় থিংগায় য়াম্না লাকই" হায়বা পাউরোগী মতু, ইম্না মরক্তা নীংবা থুংহৌদনা শিখিবস্তু য়াই। ফীবমসিদা মানা তৌজখিবা অদু অরেম্বদা তাগত্রা নত্রগা তারোইদ্রা হায়না চিংনবা পোকপা অসিদি শোয়দবনি। মরম অসিদগী অর্জুননা শ্রীভগবানগী মযমদা বাহ সি হংলিবনি। মহুদমু অসিগুম্বা মীহু লেম্না মাঙলোই শ্রীভগবানগী ভক্ত লেম্না মাঙদে খন্দুনা "কৃষ্ণ হায়না কৌহুনা হংলিবনি। মরমদি "ভক্তনাং পাপান্ কৃষতি আকর্ষতি চ পুরুষার্থমিতি কৃষ্ণ"— "ভক্তশিংগী পাপশিবু মাঙহনবীহুনা অরান খুবম পীনবিবা মরমদগী শ্রীভগবানবু "কৃষ্ণ" হাযবা মিং থোল্লিবনি। ৩৭।

হৌজিক অর্জুননা মানা চিনবহুবু তশেং তশেংনা হায়রি—

কচ্চিন্নোভয়বিভ্রষ্টশ্ছিন্নাভ্রমিব নশ্যতি।
অপ্রতিষ্ঠো মহাবাহো বিমূঢ়ো ব্রহ্মণঃ পথি ॥ ৩৮ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা :**— মহাবাহো = ভক্তশিংগী যেক্ততিংখংশিংবু য়াম্না লায়না মাঙহনবীবা উম্বদগী পান্থোম চাউবা হে কৃষ্ণ! ব্রহ্মণ পথি = আত্মাগী মশক ওইবা ব্রহ্মবু ফংনবা জ্ঞানগী লম্বীসিদা বিমূঢ় = তৌক্কম খঙদনা চোইনা লৈরবা, অপ্রতিষ্ঠ = স্বর্গনচিংবা ফংনবা সাধন কর্ম্ম অমস্তুং মোক্ষ ফংনবা সাধন যোগ অনীসিবু থাদোকলবা মরম অসিদগী— উভয়বিভ্রষ্ট = কর্ম্মগী লম্বী অমস্তুং জ্ঞানগী লম্বী অনীসিদগী লৈথখ্রবা (হাইথখ্রবা) মংাক অদু ছিন্নাভ্র ইব = চাইথোকখ্রবা (খাইদোকখ্রবা) অমংবা নোংগী মতৌগুম্না, কচ্চিৎ ন নশ্যতি — করিগুম্বা মাঙ তাকপা ওইরোইদরা? ॥ ৩৮ ।

**অপূনবা অর্থ :**— পান্থোম চাউবা হে কৃষ্ণ! ব্রহ্মবু ফংনবা জ্ঞানগী লম্বীসিদা তৌক্কম খঙদহুনা চোইখ্রবা, স্বর্গ ফংনবা সাধন কর্ম্ম অমস্তুং মোক্ষ ফংনবা সাধন যোগবু থাদোকলবা মরম অসিদগী কর্ম্মগী লম্বী অমস্তুং জ্ঞানগী লম্বীদগী হাইথখ্রবা মহাক অদু চাইথোক্কুনা লৈবা অমংবা নোংগী মতৌগুম্না করিগুম্বা অমাঙ অতাক ওইরোইদরা? ॥ ৩৮ ॥

অথূপ্পা বা

মোক্ষ ফংনবীবগী নিঙ্কাম কর্ম তৌহুনা লৈবা মরমনগী, মীহুনা তৌরিবা কর্ম্মগী মহৈ ওইনা স্বর্গনচিংবা ফংবা ঙমলোই, অদুগা অমরোমদা জ্ঞানগী লম্বীদা চঙ্‌না আত্মাগী মশক ওইবা ব্রহ্মবু শংশঙনা খঙগে হোংনবদা মহৈ য়ানবা ঙমদ্রে, মরক্তা য়ৈথায় থিবগাই লাক্কুনা মহুংস্থ থাদোকলে। ফীবমসিদা মানা শিরবা, মতুংদা করম্না মহৈ ফংগনি হায়রবসি অর্জুনগী চিনবগা বাকমনি, অদুগা মনিদা চাইথোক্কুনা লৈবা অমংবা নোংবু থুদম ওইনা পীবনি। পুন্না লৈবা অমংবা নোং অরদগী মচে অমা চাইথোকখিঙ্গা মহু থরা লাপ্না লৈবা অমস্তুং পুন্না লৈবা অচৌবা অমংবা নোংহুম অহবুস্তু ফংবা ঙমদহুনা মরক্তা চাইথোকলগা অরেম্বদা মাঙই। মতৌ অদুম্না

স্বর্গনচি়ং বা মহৈ (ফলমখা) সাধক কর্ম্ম থাদোক্লুবা মোক্ষ ফংনবা সার্থি যোগ তৌবিদনু মপূংফাবা তমদবা মরমগী মোক্ষসু ফংদবা অমসু কর্ম্মগী মহৈসু ফংদনা মমক্তা মী অহ অরেম্বদা মাঙগদবা হায়বসি অর্জ্জুনগী পুক্নীংগী অথুপ্পা বানিংগী ॥ ৩৮ ॥

অসুম্না চিংনবসিবু কোকহনবা উম্বসি অন্তর্য্যামী ওইরুবা পুম্নমক খঙবা কৃষ্ণ নঙদা নি লেপ্পুনা অর্জ্জুননা হায়রি—

এতন্মে সংশয়ং কৃষ্ণ ছেত্তুমর্হস্যশেষতঃ।
ত্বদন্যঃ সংশয়স্যাস্য ছেত্তা ন হ্যুপপদ্যতে ॥ ৩৯ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা :— কৃষ্ণ = হে কৃষ্ণ। মে — ঐগী এতং সংশয়ং — মথক্তা হায়রিবা চিংনবসিবু অশেষত = লেমহৌবা তৌহনদনা, ছেত্তুং অর্হসি — ককথৎলগা তাকপিবসি নহাক মতীক চায়, হি — মরমদি, ত্বদন্য (ত্বৎ অন্য) = পুম্নমক খঙবা পরমেশ্বর নহাক নত্তনা অতোপ্পা কনা অমত্ত, অস্য সংশয়স্য = ঐগী চিংনবসিবু, ছেত্তা ন উপপদ্যতে = ককথৎপা উম্বা লৈতে ॥ ৩৯ ॥

অপুনবা অর্থ :— হে কৃষ্ণ! ঐগী চিংনবসিবু অথাকপা লৈতনা ককথৎলগা তাকপিবসি নহাক মতীক চায়, মরমদি পুম্নমক খঙবা পরমেশ্বর নহাক নত্তনা অতোপ্পা কনা অমত্তনা ঐগী চিংনবসিবু ককথৎপা (কোকহনবা) উম্বা লৈতে। ॥ ৩৯ ॥

মতৌ অসুম্না যোগভ্রষ্টগী (ধ্যানযোগ তৌবদগী মহৈ ফংদনা মরক্তা থাদোকখ্রবা মীগী) মরমদা চিংনরুবা অর্জ্জুনা হংবা হংলিগী পাউখুম শ্রীভগবাননা শ্লোক ৪ দগী ৪৫ ফাওবদা পীরি। মরমসু— জ্ঞান অমসুং কর্ম্মগী লম্বীদগী হাইথরুবা যোগীরুনা মাঙই হায়বসিগী অর্থ করিনো? হিংলিঙৈগী মতমসিদা মহাক ফত্তবা ওইনা লৈ হায়বরা? নত্রগা শিরবা মতুংদা মহাক নরক মর্চিংবদা ফত্তবা মচুপ্পাক ফংই হায়বরা? অনীমকসি যোগভ্রষ্ট ওইবা মীগুগী ওইদে হায়বসিবু অহানবদা অসুম্না তাক্লি—

শ্রীভগবানুবাচ

পার্থ নৈবেহ নামুত্র বিনাশস্তস্য বিদ্যতে।
ন হি কল্যাণকৃৎ কশ্চিদ্দুর্গতিং তাত গচ্ছতি ॥ ৪০ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা :— শ্রীভগবান উবাচ — শ্রীভগবাননা তাকপিখি— পার্থ — পৃথাগী (কুন্তীগী) মচা নুপা হে ধনঞ্জয়। তস্য — ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌবদগী চোইথরুবা মীগুগী, ইহ — হিংরুবা লৈমিংঙৈগী মতমসিদা, বিনাশ — মাঙবা, ন এব বিদ্যতে — করিমত্ত লৈতে, অহখা মতৌ অমুত্র, অমুত্র ন — শিরবা মতুংদসু মাঙবা লৈতে, হি — মসিগী মরমদি— তাত — হে মচংশিবা অর্জ্জুন! কল্যাণকৃৎ কশ্চিৎ — য়াইফবা তৌবা কনা অমত্ত, দুর্গতিং — ফত্তবা মহৈ, ন গচ্ছতি — ফংদে ॥ ৪০ ॥

**অপূনবা অর্থ :—** কুন্তীগী মচা হে ধনঞ্জয়! যোগদগী চোইথগ্রবা (ভ্রষ্ট ওইগ্রবা) মীহুগী হি২লিউগী মতমদা অমস্তু২ শিয়বা মতু২দা করিমত্ত মাঙবা লৈতে। মরমদি— হে মু২শিবা অর্জুন। যাইফবা তৌবা মী অমত্ত কত্তবা মহৈ ফ২দে ॥ ৪ ॥

অথুপ্পা বা

মশাগী মশক খঙনী২বদগী ধ্যানযোগ তৌনী২হুবা মীহুবা পুক্নী২ শে২নবা নিষ্কাম কর্ম্ম তৌরবস্তু (তৌরিবা পুম্নমকপু ঈশ্বরদা কথোক্ত্রনা মহৈ পামদনা তৌরবস্তু) কর্ম্মশি২হুবুদি থাদোক্তে, মহু তৌহুবা লৈ সুপ্পা মহৈ যানবা ঙমদনা মহাক শিখি হায়বদনি, মহুদা মাগী করিস্তু মাঙবা লৈতে। অহুগা মীহুবা মাগী মথৌ ওইনা শাস্ত্রনা তাকপা থবকশি২হুবু থাদোক্লগা কত্তবা কর্ম্ম তৌরবতদা হি২লিউগী মতমদা অমস্তু২ শিয়বা মতু২দস্তু মহৈ ফ২ই। মনুনস্তু অস্তুম্না হায়রি—

বান্তাশুল্ক্যামুখ প্রেতো বিপ্রো ধর্ম্মাৎ স্বকাচ্চ্যুত।
অমেধ্যকুণপাশী চ ক্ষত্রীয়ঃ কটপুতন ॥
মৈত্রাক্ষজ্যোতিক প্রেতো বৈশ্য ভবতি পুযভুক্ ॥ (মনু ১২। ৭১ ৭২)

"মশাগী তৌগদবা কর্ম্ম থাদোক্লবা ব্রাহ্মণনা শিয়ব মতু২দা অওবা চাবা উল্কামুখ কৌবা প্রেত (ভূত) ওই, ক্ষত্রীয়দি থী অমস্তু২ অশিবা চাবা কটপুতন কৌবা প্রেত ওই অহুগা বৈশ্যনা নাই চাবা মৈত্রাক্ষজ্যোতিক কৌবা প্রেত ওইনা পোকই।"

অহুগা শ্রুতিনস্তু অস্তুম্না হায়রি— "অথৈতয়োঃ পথোর্ন কতরেণচন তানীমানি ক্ষুদ্র্যাণ্যস কৃদাবর্ত্তীনি ভতানি ভবন্তি জায়স্ব ম্রিয়স্বেত্যেতৎ তৃতীয়ং স্থানম্।" (ছা উ ৫। ১০। ৮)— "পিতৃলোক ফ২নবা কর্ম্মগী লম্বী অমস্তু২ দেবলোক ফ২নবা জ্ঞানগী লম্বী (উপাসনাগা লোয়ননা সকাম কর্ম্ম তৌবা লম্বী) অনীসিগী মমু২দা লম্বী অমদা চত্তবা কত্তবা কর্ম্ম তৌবা মী শি২দি য়াম্না থুনা থুনা পোক্ল শিরা তৌবা তুমীং কাঙ নচি বগী মপোক ফ২ই, মসি অহুমশুবা মফম্নি।" অহুগা মসিগী ওন্ন তৈননা ধ্যানযোগ তৌরিবা মীহুগী মহৈদি গনেশোত্তরতাপন্যুপনিষত্তা অস্তুম্না হায়ম্নি—

অশ্বমেধসহস্রানি বাজপেয়শতানি চ।
একস্য ধ্যানযোগস্য কলাং নার্হন্তি ষোড়শীম্ ॥ (১। )

"অশ্বমেধ যজ্ঞ লীশী২ অমা তৌবা অমস্তু২ বাজপেয় যাগ চামা তৌবসি ধ্যানযোগ অমত্তগী শরূক ১৬ থোক্না থায়রগা শরূক অমত্ত২ ওইবা ফাওবস্তু মতীক চাদে।"

মসিগী মরমদি নিষ্কাম কর্ম্ম তৌহুনা ধ্যানযোগ তৌনবা হোৎনবদা পুক্নীং চঙবসি আত্ম জ্ঞানগীদমক্তনি। আত্মজ্ঞানগী অথোইবা (হেনবা) কর্ম্ম অমত্ত লৈতে। মরম অসিনা মনুনস্তু অস্তুম্না হায়ম্নি—

সর্ব্বেষামপি চৈতেষামাত্মজ্ঞানং পরং স্মৃতম্।
তদ্ধ্যগ্র্যং সর্ব্ববিদ্যানাং প্রাপ্যতে হ্যমৃতং তত.॥

(১২/৮৫)

"বেদনচিংবা শাস্ত্রশিংদা তাক্লিবা কর্ম্মশিংগী মনুংদা আত্মজ্ঞানবু থাংয়দগী অথোইবনি খঙগদবনি। মরমদি মহাক বিদ্যাগী মনুংদা মকোক্লি মহুদগী মীনা অমৃত ওইবা মোক্ষ ফংই।"

মরম অসিনা আত্মজ্ঞানসিবু ফগে হোৎনবদা য়ৈথায় থিংগায় লাক্লসা মপোক অসিদা মহৈ য়ানবা ঙমহৌদ্রবস্থ মহুদগী ফত্তবা মপোক ফংগনি হায়না চিংনবা য়াবা য়াকম থোক্তে। ৪ ।

মহু ওইরবদি যোগভ্রষ্ট অহুনা করম্বা মহৈ অমস্থং মপোক ফংবগে হংলবদা শ্রীভগবান্না অস্থুম্না হায়রি—

প্রাপ্য পুণ্যকৃতাং লোকানুষিত্বা শাশ্বতীঃ সমাং।
শুচীনাং শ্রীমতাং গেহে যোগভ্রষ্টোঽভিজায়তে ॥ ৪১ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা:**— যোগভ্রষ্ট —যোগ তৌবদা মপূং ফাহৌদনা শিখিবা মীহুনা, পুণ্যকৃতা = পুণ্যকর্ম্ম তৌবা মী শিংনা ফংগদবা, লোকান্ প্রাপ্য—স্বর্গনচিংবা লোকশিংবু ফংলগা, অহুগা লোকশিংহুদা শাশ্বতী সমা —মশীং লাকঙমদবা চহী কয়ামুক উষিত্বা=হুংডাইনা লেল্লগা, শুচীনাং =অফবা লমচৎ চত্তনা শেংনা লৈবা, শ্রীমতাং গেহে—য়াম্না মরল মথুম লৈবা মী-শিংগী য়ুমদা, অভিজায়তে—পোকই ॥ ৪১ ॥

**অপুনবা অর্থ:**— যোগ তৌবদা মপুং ফহৌদনা শিখিবা মী অহুনা পুণ্যকর্ম্ম তৌবা মী-শিংনা ফংগদবা স্বর্গনচিংবা লোকশিংবু ফংলগা মহুদা মশীং লাকঙমদবা চহী কয়ামুক লৈরগা লমচৎ ফজনা শেংনা লৈবা য়াম্না ঈনাক কৈরাক খুনবা মী শিংগী ময়ুমদা পোকই ॥ ৪১॥

### অথূপ্পা বা

যোগ তৌবদা মপুং ফাহৌদনা শিখিবা মী অসি চাউরাকনা অনীথোকনা থায়দোকপা য়াই, মহুদি— বৈরাগ্য অহুক হাকনা লৈতবদগী সংসারগী ভোগ্য ওইবা পোৎশি দা পূক্নীং থরা চঙনা লৈরবস্থ প্রারব্ধ কর্ম্ম ফবা মরমদগী যোগগী অভ্যাস তৌহুনা লৈবা মী অহুগা বৈরাগ্য মপুং ফানা লৈহুনা সংসারগী বিষয়শিংদা পুক্নীং চঙত্রবস্থ প্রারব্ধ কর্ম্মগী মতুং ইন্না মরক্তা য়ৈথায় থিনগায়বা লাক্লনা যোগ তৌবদা মপুং ফাবা ঙমহৌদবা মী। অনাসিগী মনুংদা অহানবা মীবু লৌদুনা শ্রীভগবান্না শ্লোক অসিদা তাক্লিবনি। অহানবগী মপোক্তা যোগগী অভ্যাস তৌহুনা লৈরম্লবস্থ শিখিবা মতমদা মীহুনা বিষয়ভোগকী অপাম্বা থাদোকখিদবা মরমনা মহাক মপোকসিদা বিষয় ভোগশিংবু নীংখিবা মতুং ইন্না মহু ফংনবা ঈনাক খুনবা অমস্থং লমচৎ ফজবা মী শিংগী ঈমুংদা পোকলিবনি, অহুগা মসি পুম্নমকসি মানা তৌখিবা ধ্যানযোগগী মহৈ ওইনা কংলিবনি। অফবা কর্ম্ম তৌরগা অফবা মপোক ফংই হায়বসিগী মরমদা শ্রুতিনস্থ অস্থুম্না হায়রি— "তদ য ইহ রমণীয়চরণা

অভ্যাশো হ যত্তে রমণীয়াং যোনিমাপদ্যেরন্‌ ব্রাহ্মণ যোনিং বা ক্ষত্রিয় যোনিং বা বৈশ্যযোনিং বা।" (ছা উ ৫।১০।৭)— "অহানবগী মপোক্কা ত্থাইবা পামসিদা ফজবা লমচৎ চত্তুনা অমসুং অথবা থবক তৌত্তুনা লৈরম্বা মীশিংত্তুনা স্বর্গনচিংবদগী হল্লকপা মতমদা য়াম্না থূনমক ব্রাহ্মণগী জাতিদা, নত্রগা ক্ষত্রিয়গী জাতিদা নত্রগা বৈশ্যগী জাতিদা পোকুই।" মতৌ অমুম্না অকবা মপোক ফংত্তুনা যোগভ্রষ্ট অহুনা হৌখিবা মপোক্কা নীংখিবা মতুং ইন্না বিষয়ভোগ ফংত্তুনা নুংঙাইনা লৈ অহুগা হৌখিবা মপোকশিংগী সংস্কার মতুং ইন্না যোগাভ্যাস তৌনবসু হোংবনি ॥ ৪১ ॥

বৈরাগ্য মপুং ফানা লৈরবসু যোগাভ্যাস তৌবদ্য মপুং ফাত্রেদবা মীওয়গী মরমদা হৌজিক অসুম্না হায়রি—

অথবা যোগীনামেব কুলে ভবতি ধীমতাম্‌।<br>
এতদ্ধি দুর্লভতরং লোকে জন্ম যদীদৃশম্‌ ॥ ৪২ ॥

— অন্বয় ব্যাখ্যা।— অথবা = মসি নত্রগা (ঈনাক খুনবা অমসুং অকথা লমচৎ চৎপা শাগেদা পোকপসি নত্রগা), ধীমতাং = জ্ঞান লৈবা, যোগীনাং = যোগীশিংগী কুলে এব = (লায়রবা) শাগেমক্কদা, ভবতি = মহাক পোকই, যৎ এতৎ ঈদৃশং জন্ম = মতৌ অসিংবা মপোকসি, লোকে = তাইবংপানসিদা, দুর্লভতরং = ফাংঙমদবদগীসু হেন্না ফংঙমদবনি হায়বসি, হি = শুকদেবনচিংবদা কাওরিবনি। ৪১।

অপুনবা অর্থ।— মসি নত্রগনা মহাক জ্ঞান লৈবা যোগীশিংগী লায়রবা শাগেমক্কদা পোকই। অসিগুম্বা মপোক ফংবসি সংসারসিদা য়াম্না তাঙই হায়বসি ফাওরিবনি ॥ ৪২ ॥

অথুপ্পা বা

যোগাভ্যাস তৌরবসু সংসারগী অপাম্বা থাদোক্তুখিদবা মীনা শিরবা মতুংদা স্বর্গনচিংবদা মতম কুইনা লৈরগা অকবা ঈনাক খুনবা শাগেদা পোকই হায়বসি গথক্কা তাকখ্রে। অহুগা বৈরাগ্য মপুং ফাত্তুনা সংসারগী অপাম্বা লৈতনা যোগাভ্যাস তৌখিবা অহুগা মপুং দি ফাখিদবা মী অতুনদি শিরবা মতুংদা স্বর্গনচিংবা মফমদা চংনুবা তৌদনা শিংবমক্কদা পনবা তৌদনা যোগাভ্যাস অহু মপুং ফাইনগে হায়বগীদমক লায়ররবসু জ্ঞানি লৈবা যোগীশিংগী য়ুমদা পোকই। মসিনি যোগভ্রষ্ট ওইবা অনীসিদা বেমবা। মহুদা ঈনাকি খুনবা অমসুং অচৌবা শাগেদা পোকপসি ফংঙমদবা অমনি অহুবু লায়ররবসু জ্ঞান লৈবা যোগীগী য়ুমদা পোকপসিদি মহুদগীসু হেন্না ফংঙমদবা মরম্না মহুবু ফংঙমদবদগীসু হেন্না ফংঙমদবনি হায়না তাকপনি। মরমদি ঈনাক খুনবা অমসুং অচৌবা (শ্রীংবা) শাগেদা পোকপা যোগভ্রষ্ট অহুদি সংসারগী অকৈ অমৌদা চঙখিদুনা অমুক হন্না যোগাভ্যাস তৌখিদবসু য়াই অহুগা যোগীগী য়ুমদা পোকপা যোগভ্রষ্ট অহুনদি মহুদা লৈরগা

অমুক হন্না যোগাভ্যাস তৌহুনা মপোক অহুমক্তদা মীনা ফংঙমন্ত্রবা মোক্ষ ফংগনি। অহুগা ঈনাক খুনবা অচৌবা শাগৈদা পোকপা যোগভ্রষ্ট অহুস্তু মানা তৌখিবা পূণ্য অমস্তুং হোংনখিবা যোগাভ্যাসকী সংস্কার কোংদোক্লকুনা মপোক অহুদা মপু ফানা বৈরাগ্য ফংলগা যোগাভ্যাস তৌবা অমুক হন্না কন্না হোংনরবদি আত্মাবু শংশঙনা খঙলগা মোক্ষ ফংবা ঙমগনি। মরম অসিনা হোংনরিবা যোগাভ্যাসপু অয়েস্বদা মাংগনি খন্দুনা কদৌউদস্তু থৌওইদবা তৌরোইদবনি। ৪২।

যোগীগী মযুমদা পোকপা যোগভ্রষ্টহুবু করি মরমদগী ফংঙমদবদগীস্তু হেন্না ফংঙমদবমো হায়রিসিগী মরম অস্তুন্না তাক্লি—

তত্র তং বুদ্ধিসংযোগং লভতে পৌর্ব্বদেহিকম্।
যততে চ ততো ভূয়ঃ সংসিদ্ধৌ কুরুনন্দন॥ ৪৩॥

**অন্বয ব্যাখ্যা** — কুরুনন্দন=কুরু শাগৈবু মুংঙাইহল্লিবা হে অর্জ্জুন! তত্র—যোগীগী যুমদা ফংলিবা মপোক অহুদা যোগভ্রষ্ট ওইবা মীহুনা পৌর্ব্বদেহিকং=হৌখিবা মপোক্তা তানশিনখিবা, তংবুদ্ধিযোগং=জ্ঞানযোগগী সাধনশিং অহুবু লভতে=ফংই, তত =ফংলিবা সাধনশিং অহুদগী, ভূয় =অমুক হেনগংনা সংসিদ্ধৌ=নীংথিনা শংশঙনা জ্ঞান ফংনবগী মরমদা, যততে=হোংনৈ ।৪৩।

**অপুনবা অর্থ**:— কুরু শাগৈবু মুংঙাইহনবা হে অর্জ্জুন। মপোক অহুদা যোগভ্রষ্ট ওইবা মীহুনা হৌখিবা মপোক্তা তানশিনখিবা জ্ঞানযোগগী সাধন (উপায়) শিংহুবু ফংই, অহুগা মহুদগী অমুক হন্না হেনগংনা শ শঙনা জ্ঞান ফংনবগীদমক কন্না হোংনৈ॥ ৪৩॥

ঈনাক খুনবা অমস্তুং অচৌবা শাগৈদা পোকপা যোগভ্রষ্ট অহুনা অকে-অযোগী পোং য়ান্না ফ বা মরম্না মহুদা পুক্নীং চঙদুনা লৈবদগী কয়ম্না বৈরাগ্য ফংগনি অমস্তুং কয়ম্না যোগভ্যাস তৌগনি চিংনরবদা অস্তুন্না হায়রি—

পূর্ব্বাভ্যাসেন তেনৈব হ্রিযতে হ্যবশোঽপি সঃ॥
জিজ্ঞাসুরপি যোগস্য শব্দব্রহ্মাতিবর্ত্ততে॥ ৪৪॥

**অন্বয ব্যাখ্যা** :—তেন পূর্ব্বাভ্যাসেন এব=হৌখিবা মপোক্তা তৌখিবা যোগাভ্যাস অহুমক্তনা, স অবশ অপি=(মপোকসিদা অকে অযোগী পোং ফংবদগী) মোক্ষগী সাধন তৌবদা পুক্নীং থিংজিন্দনা লৈরিবা যোগভ্রষ্ট ওইবা মহাক অহুবুস্তু, হি—লেপ্নমক, হ্রিয়তে—মোক্ষগী সাধন যোগাভ্যাস তৌবদা চিংশিল্লী, মরম অসিনা—যোগস্য=মোক্ষগী সাধন জ্ঞানযোগগী মশক মওঙবু, জিজ্ঞাসু অপি—হৌখিবা মপোক্তা য়ান্না খঙনীংনা শিখিবা মী ফাওবস্তু, শব্দব্রহ্ম—শব্দব্রহ্মগী মশক ওইবা বেদনা তাকপা কর্ম্মশিংবু, অতিবর্ত্ততে=থাদোক্লগা সংন্যাস লৌদুনা লৈ॥ ৪৪।

**অপুনবা অর্থ**:— হৌখিবা মপোক্তা তৌখিবা যোগাভ্যাস অহুমক্তনা মোক্ষগী সাধন তৌবদা পুক্নীং থিংজিন্দনা লৈবা মহাকপুস্তু যোগাভ্যাস তৌবদা লেপ্নমক চিংশিল্লী, মরম অসিনা

মোক্ষগী সাধন জ্ঞানযোগবু খঙনীংনা শিখিবা মী কাওবস্মু মপোকসিদা কর্ম্ম থাদোক্লগা সংন্যাস লৌদুনা লৈ । ৪৪ ॥

অথুপ্পা বা

হৌখিবা মপোকশিংদা তৌখিবা কর্ম্মশিংগী সংস্কার ( অকুপ্পা মযি ) পুক্নীংদা ( অন্ত করণদা ) শোয়দনা লৈহৌই হায়বসিদা কন্নিমত্ত চিংনরোইদবনি। মরমদি হৌখিবা মপোকশি দা তৌখিবা কর্ম্মশি গী সংস্কার লৈতে হায়না য়াবা থোকলবদি মপোকসিদা কনা অমত্ত ঈহান হানবদা মমাগী মখোম থকপা ঙম্মোই। মনীং তম্না লৈবা শা শিংগী মরমদা মসিবু ঐখোয়না নীংথিনা খঙবা ঙম্মি। মপ অমোমনা মচা পোক্লবদা মচা অহুনা ঈহান হানবদা হৌপংনবা হোংনৈ হৌগংপা ঙম্নবা তুংদা তপ্না অমা অমরোমদা চংলগা মমাগী মনাক্তা লাক্তুনা মমাগী মখোম থিরগা মহ মচীন্না চুপ্পুনা খোম থকপা হৌই। মহু তৌবদা মাবু কনা অমত্তনা তস্নীদে। মসি হৌখিবা মপোকশিংদা মানা মমাগী খোম থকখিবা অহুগী সংস্কার পুক্নী দা লৈত্রবদি কদৌঙৈদস্নু তৌবা ঙম্মোই। হৌখিবা মপোকশিংদা খোম থকখিবগী স স্কার অহুনা মাবু ঈনশিন্দুনা মপোকসিদা পোকপ মক্তদা মানা মশা মতোমদনা মমাগী খোম থক্লিবনি। মতৌ অহগুম্না হৌখিবা মপোক্তা যোগাভ্যাস তৌরম্বদগী মহৈ য়ানবা ঙমদনা মরক্তা শিখিবা যোগভ্রষ্ট অহুনা মপোক অসিদা অতোপ্পা মপোক্তা তৌখিবা যোগাভ্যাস অহুগী সংস্কার অহুনা মরম ওইহুনা যোগাভ্যাস তৌবদা অমুক হন্না পুক্নীং থিংজিল্লী মহাক ঈনাক কৈরাক খুনবা শাগৈদা পোক্তুনা অকে-অমোগী পোং কয়ামুক কংহুনা লৈরবস্নু মহুদা পুক্নীং অহুক হাকনা থিংজিন্দে, মমৈথংদদি হান্নগী স স্কার অহুনা য়াম্না কন্না ঈনশিনবা মরমদগী তাইবংপানগী অপাম-মিহৌ পুম্নমকপু থাদোক্তুনা অমুক হন্না যোগাভ্যাস তৌবদা মানা পুক্নীং থিংজিল্লী। মরম অসিনা শ্রীভগবান্না শ্লোক অসিদা অস্নুম্না ফাওবস্নু হায়রি— হৌখিবা মপোক্তা যোগাভ্যাস তৌখিদবা থোক্লবস্নু জ্ঞানযোগগী মশক মওঙ য়াম্না খঙনীংনা শিখিবা মী ফাওবা খঙনীংখিবগী সংস্কার অহুনা মরম ওইহনা মপোকসিদা যেদনা তৌ হায়না তাকপা কর্ম্মশিংমকপু থাদোক্লগা সংন্যাস লৌদুনা আত্মতত্ত্বসিবু শংশঙনা খঙনবা হোংনহুনা লৈ। মরমসিদা চংনবীদা পাউক্নৌ ওইনা অস্নুম্না হায়রি—

জন্মান্তরসহস্রেষু বুদ্ধির্যা ভাবিতা পুরা।
তামেব ভজতে জন্তুরুপদেশো নিরর্থকঃ॥

"হৌখিবা মপোক লীশী লীশীংদা ওইখিবা বুদ্ধি অহুমক্তবু প্রারব্ধ কর্ম্মগী মতুং ইন্না লৌদুনা জীবনা চংলী, অসিগুম্না জীবগী মকমদা উপদেশ অরেম্বদা তাই" । ৪৪ ।

মতৌ অস্নুম্না হৌখিবা মপোকশিংদগী কংবা সংস্কারনা মপোকসিদা যোগাভ্যাস তৌহুনা হোংনরিবা যোগী অহুনা কন্নি মহৈ কংবগে হায়বসিবু হৌজিক অস্নুম্না তাক্লি—

প্রযত্নাদ যতমানস্তু যোগী সংশুদ্ধকিল্বিষঃ।
অনেকজন্মসংসিদ্ধস্ততো যাতি পরাং গতিম্। ৪৫ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—** তু—অস্তুম্না, প্রযত্নাৎ—হৌখিবা মপোক্তা হোৎনখিবা অহুদগীস্থ হেনগৎনা, যতমান =কন্না হোৎনরিবা, সংশুদ্ধকিল্বিষ =হোৎনরিবা যোগহুনা পাপ পুম্নমক মাঙখিহ্ননা পুক্নী শেংলবা, অনেকজন্মসংসিদ্ধ —অহুগা মপোক মপোক খুদি দা হোৎনখিবা সংস্কারশিংনা মরম ওইহুনা মপোকসিদা জ্ঞান ফংলবা, যোগী—যোগী অহুনা তত =সাধন মপূং ফাবা মরমদগী, পরাংগতিম—অথোইবা খুবম মুক্তিবু যাতি—ফংই। ৪৫।

**অপুনবা অর্থ ঃ-** মতৌ অস্তুম্না হৌখিবা মপোক্তা হোৎনখিবা অহুদগীস্থ হেন্না হোৎনরিবা, পাপ পুম্নমক মাঙখিহ্ননা পুক্নী শেংলবা অমস্তুং মপোক মপোক খুদিংদা হোৎনখিবা সংস্কারনা মপোকসিদা জ্ঞান ফংলবা যোগীহুনা সাধন মপূং ফাবা মরমদগী অথোইবা খুবম মুক্তিবু ফংই ॥৪৫॥

অথুপ্পা বা

শ্লোক অসিগী মথক্কী শ্লোক্তা (৪৪ দা) যোগগী জিজ্ঞাসু (মশাবু খঙনীংহুনা যোগভ্যাস তৌনী বা) মী ফাওবস্থু লাক্কদবা অতোপ্পা মপোক্তা কর্ম্মসংন্যাস তৌরগা মশাবু খঙনবা হোৎনৈ হায়রবসি তাকখ্রে। অসিগুম্বা জিজ্ঞাসাগী (আত্মাবু খঙনীংবগী) ফীবমসি জ্ঞানগী অহানবা ভূমিকানি। শাস্ত্রনা জ্ঞানগী ভূমিকা (ফীবম) তরেৎ অস্তুম্না হায়রি—

জ্ঞানভূমিঃ শুভেচ্ছাখ্যা প্রথমা সমুদাহৃতা।
বিচারণা দ্বিতীয়া তু তৃতীয়া তনুমানসী॥
সত্ত্বাপত্তিশ্চতুর্থী স্যাত্ততোঽসংসক্তিনামিকা।
পদার্থাভাবনা ষষ্ঠী সপ্তমী তুর্যগা স্মৃতা॥

(মহোপনিষৎ ৫। ২৪-২৫)

"জ্ঞানগী অহানবা ভূমি (ফীবম) শুভেচ্ছা কৌই, অনীশুবা ফীবম বিচারণা, অহুমশুবা তনুমানসী, মরিশুবনা সত্ত্বাপত্তি কৌই, মঙাশুবা অসংসক্তি, তরুকশুবা পদার্থাভাবনা অমস্তুং তরেৎশুবা ফীবমগী মমিং তুর্যগা কৌই।"

মসিদা শুভেচ্ছাবু জিজ্ঞাসা (আত্মাবু খঙনীংবা) হায়রম্ম কৌই। মসি করিনো হায়রবসিবু অস্তুম্না তাক্লি— "স্থিত কিং মূঢ় এবাস্মি প্রেক্ষ্যোঽহং শাস্ত্রসজ্জনৈঃ। বৈরাগ্য পূর্ব্বমিচ্ছেতি শুভেচ্ছেত্যুচ্যতে বুধৈঃ॥" (ম উ '৫। ২৭)— "ঐ করিগী অপঙবা ওইনমক লৈরিবনো? শাস্ত্র য়েংহুনা অমস্তুং সাধু ওইবা মী শিংগা তিন্নহুনা ঐ কন্নানো হায়রবসি খঙবনা চুমই। মতৌ অস্তুম্না বৈরাগ্যগা লোয়ননা পুক্নীংদা নীংবসি শুভেচ্ছানি।" অসিগুম্বা ইচ্ছাসি (নীংবসি) কন্না লৈরবদা মহাক ভূমিন্না লৈবা ঙমদে, মশাবু খঙনবগীদমক শাস্ত্রনচিংবু য়েংবা হৌই অমস্তুং জ্ঞানী ওইবা অকবা মী শিংগী মফমদা চৎলগা মশাগী অশেংবা শক্তম খঙনবা হোৎনৈ। মহুদগী মহাক অনীশুবা ভূমি বিচারণাদা লাকই। বিচারণা করিনো হায়রবসিবু অস্তুম্না তাক্লি—

শাস্ত্রসজ্জন সংপর্কবৈরাগ্যাভ্যাসপূর্ব্বকম্।
সদাচারপ্রবৃত্তি যা প্রোচ্যতে সা বিচারণা॥

(ম উ ৫।২৮)

"আত্মাগী মশক মওঙ তাকপা উপনিষৎ, গীতানচি বা য়েংবা পাবা, সাধু ওইবা মী শিংগা তিন্নবা সংসারগী পোৎশিংদগী বৈরাগ্য ওইবা অমসুং ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌবা মসি পুম্নমক্না লোয়ননা অফবা লমচৎ চত্তুনা লৈবসি জ্ঞানগী অনীশুবা ফীবম বিচারণানি।" ফীবমসি য়ৌরবা সাধকনা মশাগী মশক খণ্ডনবগীদমক অখণ্ড অহৈশিংগী মনাক্তা চত্তনা আত্মাগী মরমদা অথুপ্পা না তায় (শ্রবণ তৌই), অমসুং তারুবা আত্মাগী মরমদা অচীকপা মক্কমদা ফল্লগা বিচার তৌই (মনন তৌই)। হায়বদি শ্রুতিনা তাকপা শ্রবণ অমসুং মনন অনীসি বিচারণাগী ফীবম মনুং চন্না লাকই। মসিগী মরমদা শ্রুতিনা অসুম্না হায়রি—"আত্মা বা অরে দ্রষ্টব্যঃ শ্রোতব্যো মন্তব্যো নিদিধ্যাসিতব্যো মৈত্রেয্যাত্মনো বা অরে দর্শনেন শ্রবণেন মত্যাবিজ্ঞানেনেদং সর্ব্বং বিদিতম্॥" (বৃ উ ২।৪।৫)— "যাজ্ঞবল্ক্যনা অসুম্না হায়—হে মৈত্রেয়ী। আত্মাবু সংশয়না খণ্ডগদবনি, মতুংগীদমক আত্মাগী মরমদা তাগদবনি (শ্রবণ তৌগদবনি) বিচারগী মশক ওইবা রাখল খনগদবনি (মনন তৌগদবনি) অমসুং ধ্যানযোগ (নিদিধ্যাসন) তৌগদবনি। হে মৈত্রেয়ী। আত্মাবু উরবদা তারবদা খল্লবদা অমসুং ধ্যানযোগনা শংশয়না খওলবদা সংসার পুম্নমকসিবু খঙবা ওই (আত্মা নত্তবা পোৎ অমত্ত সংসারদা লৈতে হায়বসি খঙবা ঙমই)। মতৌ অসুম্না শ্রবণ অমসুং মনন অনীসি বিচারণাগী মনুং চনপ্রবদা নিদিধ্যাসনবু অহুমশুবা ফীবম তনুমানসী ওইনা অসুম্না হায়রি—

বিচারণাশুভেচ্ছাভ্যামিন্দ্রিয়ার্থেষু রক্ততা।
যত্র সা তনুতাযেতি প্রোচ্যতে তনুমানসী।

(মু উ ৫।২৯)

"শুভেচ্ছা অমসুং বিচারণা অনীসিনা ইন্দ্রিয়শিংগী বিষয়শিংদা অপাম মিহৌ লৈরম্বদু ফীবম অহুদা কৃপ্পা (লৈতবগুম তৌনা) লৈরবদি মতু তনুমানসী কৌবা জ্ঞানগী অহুমশুবা ভূমিকানি (ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌবদগী স প্রজ্ঞাত সমাধি ফংবগী ফীবমনি।"

মতৌ অসুম্না হায়রিবা ফীবম অহুমসি জ্ঞানগী সাধন (পাম্বৈ) ওইবা ভূমিকানি (ফীবমনি)। মসিদগী নির্ব্বিকল্পক সমাধি ওইহনা আত্মাগী সাক্ষাৎকার ওইবা ফীবম সত্ত্বাপত্তিনী। মসিবুসু অসুম্না হায়রি—

ভূমিকাত্রিতযাভ্যাসাচ্চিত্তে তু বিবতের্বশাৎ।
সাত্ত্বাত্মনি স্থিতে শুদ্ধে সাত্ত্বপতিরুদাহৃতা।

(ম উ ৫।৩০)

"শুভেচ্ছাজ্ঞানচিংবা ভূমিকা অহুমগী অভ্যাস তৌবদগী পুক্নীংদা তাইব‌ংপানগী পোৎশিংগী অপাঙ্বা লৈতবা মরমমা ( নির্ব্বিকল্পক সমাধি ওইহনা ) অশেংবা সৎ আত্মাগী মওঙ ফোঙদোক্নবদা ফীবম অহুবু সত্ত্বাপত্তি কৌই ।"

অসিগুম্বা মরিগুবা ফীবমসি য়ৌরবদা আত্মাতত্ত্ববু শংশঙমা খঙহনা মীমা পোকপগী মহৈ য়াল্লী। মসি জ্ঞান ফংবগী ফীবমনি মতুংগী ফীবম অসংসক্তিমচিংবা অহুমদি মীহুনা জীবন্মুক্ত ওইহনা লৈবা মতমদা তৌরিবা সমাধিগী অথোই অহেন নাইনা খাযবদনি। অহুগা শ্লোক অসিদা শ্রীভগবাননা হায়রিবসিদি অহানবা ভূমিকাদা জিজ্ঞাসু ( আত্মাবু খঙনীংবা ) ওইবা লৈরম্বা মী ফাওবসু মপোক সিদা লাক্লগা কর্ম্মসংন্যাস তৌহনা অমুক হন্না জ্ঞান ফংনবা হোৎনৈ মসিদগী হেনগৎনা অনীশুবা ফীবম য়ৌগ্রবা মীহুনা মপোকসিদা লাক্লগা অমুক হন্না হোৎনহনা জ্ঞান ফংই হায়বসিদা কপি অমুক হায়গনি হায়বা তাক্লুমা মসিবু থাগৎপনি। মসিবু উদ্ধবকী মফমদসু শ্রীভগবাননা অস্নুমা হায়রি—

বুযোগিনো যে বিহিতান্তবায়ৈ—
মনুষ্যভূতৈস্ত্রিদশোপসৃষ্টৈঃ।
তে প্রাক্তনাভ্যাসবলেন ভূযো
যুঞ্জন্তি যোগং ন তু কর্ম্মতন্ত্রম্ ॥
( ভাগ ১১ । ২৮, ২৯ )

"শাগৈ নাতৈগী মীওইশিং ওইনা ইন্দ্রনচিংবা দেবতাশিংনা শেম্বা য়ৈথায় থিনগায় লাকপা মরমনা যোগ তৌবদা মপূং ফাহৌদবা মী শিংহুনা মপোক অসিদা লাকলগা হৌখিবা অতোপ্পা মপোক্তা তৌখিবা যোগাভ্যাস অহুনা মরম ওইহুনা অমুক হন্না যোগ ভৌবদা পুক্নীং থিংজিল্লী মখোয় কর্ম্মগী মখা পোন্দুনা অমুক হন্না কর্ম্ম তৌদে" । ৪৫ ।

যোগগী সাধনদা অর্জ্জুনবু পুক্নীং চঙহন্নবগীদমক মহুবু থাগত্‌ত্‌না অস্নুমা হায়রি—

তপস্বিভ্যোঽধিকো যোগী জ্ঞানিভ্যোঽপি মতোঽধিক ।
কর্ম্মিভ্যশ্চাধিকো যোগী তস্মাদ যোগী ভবার্জ্জুন ॥ ৪৬ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা :**—তপস্বিভ্য = চন্নাহেনবগী মশক ওইবা চান্দ্রায়ণমচিংবা তপ তৌবা মী শিংদগী, যোগী—ধ্যানযোগনা আত্ম সাক্ষাৎকার তৌরবা যোগীনা, অধিক = য়াম্না হেন্না কৈ, জ্ঞানিভ্যঃ অপি—বেদমচিংবা শাস্ত্রশিংগী জ্ঞান লৈবা মী শিংদগীসু, অধিকঃ মত = যোগীনা থোইনা হেন্না কৈ হায়বনি কৃষ্ণ এগী মততনি, কর্ম্মিভ্য চ—অহুগা কর্ম্ম তৌহনা লৈবা মী শিংদগী, যোগী অধিক—যোগীনা হেন্না কৈ, তস্মাৎ—মরম অসিদগী, অর্জ্জুন—হে অর্জ্জুন। যোগী ভব—নঙ যোগী ওইয়ু। ৪৬।

অপুনবা অর্থ ঃ— চয়াম্নেবরলিংবা তপ তৌরিবা মীশিংদগী যোগীসাধারা হেন্না কৈ, শাস্ত্র খঙলবা মী শিংদগীস্তু যোগীনা থোইনা হেন্না কৈ হায়রসি ঐগী (শ্রীকৃষ্ণগী) মতমি, সকাম কর্ম তৌহৌবা লৈবা মী শিংদগীস্তু যোগীনা হেন্না কৈ, মরম অসিনা হে অর্জুন ! নঙ্ যোগী ওইরু ॥৪৬॥

অপুনবা

যোগী ওইরবদি মপোক অসিদা করিগুম্বা ঋণসম ফিমগায় লাকুনা আত্মাবু শংলবা খংদৌবা মরমরস্তু মতুংগী মপোক্কী অমুক হন্না যোগাভ্যাস তৌহৌবা হোংবগা আত্মজ্ঞান ফংবা ঙমগনি অদুগা লাইরক করা মরমদগী মপোক অসিদা আত্মজ্ঞান ফংবা ঙমলবদি পোকমগী মথৈ যানদুনা মোক্ষ ফংগনি। অদুগা যোগ নত্তবা অভ্যোপ্পা পুণ্য ওইবা খবর্কশং তৌহৌবা মচুদগী স্বর্গমচিংবা ফংলুরস্তু সংসারগী লাম্থোক্লুনা মোক্ষ ফংবা য়াগোই। শ্রুতিমসু অসুম্না হায়রি—

বিদ্যযা তদারোহন্তি যত্র কামা পরাগতা।
ন তত্র দক্ষিণা যান্তি নাহবিদ্বা সম্ভপস্বিন ।

“ব্রহ্মবিদ্যানা (আত্মাজ্ঞাননা) মরম ওইদুনা অরান খুবম ওইবা মফম অদুবু ফংই, মদুদা অপাম মিথৌনচিংবা পুম্নমক অমত্ত লৈতে, মদুদা কর্ম তৌবা মী শিং চত্তে অমসুং অজ্ঞানী ওইবা তপস্বীশিংসু চত্তে।”

মরম অসিনা ধ্যানযোগ তৌহৌবা আত্মাবু শংশঙনা খঙলবা জ্ঞানীদনা ব্রহ্মপদবু ফই হায়রসি অরেপ্পনি। অদুগা “জ্ঞানিভ্যোহপি মতোহধিক” অসুম্না শ্রীভগবান্না হায়রিবসিদা জ্ঞানীগী অর্থ আত্মাবু শংশঙনা খঙবা জ্ঞানীবু লৌদুনা হায়বা নত্তে সূপা শাস্ত্র খঙবা অমসুং আত্মাবু শংশঙনা খঙদ্রবস্তু শাস্ত্রনা মরম ওইদুনা পরোক্ষ ওইনা চম্না খঙবা মী শিং বু লৌদুনা মখোয়দগী যোগী থোইনা কৈ হায়রবনি। মরমদি আত্মজ্ঞানী ওইনবগীদমক যোগী ওইরিবনি। কীবমসিদা যোগী জ্ঞানীদগী করম্না থোইনা হেন্না ফগনি ? যোগদি জ্ঞানগী সাধননি মদুগী অভ্যাস তৌবদগী জ্ঞান ফংগদবনি। মরম অসিনা আত্মজ্ঞানীদগী যোগীনা থোইনা হেন্না কৈ হায়বা য়াদে ॥ ৪৬ ॥

হৌজিক খায়দগী থোইবা যোগী কনানো হায়বসি তাকুনা অধ্যায় অসিদু অসুম্না লোইশিল্লী—

যোগীনামপি সর্ব্বেষাং মদ্গতেনান্তরাত্মানা।
শ্রদ্ধাবান্ ভজতে যো মাং স মে যুক্ততমো মতঃ ॥৪৭॥

ইতি শ্রীমদ্ভগবদগীতাসূপনিষৎসু ব্রহ্মবিদ্যায়াং যোগশাস্ত্রে শ্রীকৃষ্ণার্জ্জুন সংবাদে অভ্যাসযোগো নাম ষষ্ঠোহধ্যায় ॥৬॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— সর্ব্বেষাং যোগীনাং অপি=মখল্লু মখা অয়াম্বা যোগীশিংবু তৌদুনা যোগ তৌবা পুম্নমকী মধুংদা, য=মী অদুনা, মদ্গতেন অন্তরাত্মনা=বাসুদেব কৃষ্ণ ঐঙোন্না পুথীং থিংজিন্দুনা, শ্রদ্ধাবান্=য়াম্না শ্রদ্ধা (থাজবা) থম্মগা লোয়ননা, মাং ভজতে=পরমেশ্বর কৃষ্ণ

ঐমক্তক্কু মতম পুম্নমক্তা মীংজহনা লৈ, সং—অসিগুম্বা মহাক অহ, যুক্ততম = খ্বায়দগী অথোইবা যোগীনি হায়বসি, মে মত—কৃষ্ণ ঐগী অবেপ্পা মতমনি ॥ ৪৭॥

অপূনবা অর্থ — মখল মখা অয়াম্বা যোগী পুম্নমক্তগী মনুংদস্থু মী অহনা কৃষ্ণ ঐঙোন্দা পুক্নীং থিরক্লিন্দুনা য়াম্না শ্রদ্ধা থম্বগা লোয়নবা বাসুদেব কৃষ্ণ ঐমক্তবু নীংজহনা লৈ, অসিগুম্বা মহাক অহ খ্বায়দগী অথোইবা যোগীনি হায়বসি কৃষ্ণ ঐগী অবেপ্পা য়ানি ॥ ৪৭ ॥

## অখুম্না বা

অধ্যায়সিগী অরোইবদা শ্রীভগবাননা হায়রিবসি লানথোকপিরিবা উপাসনাকাগী সূত্র ওইবা য়াম্না শম্না তাকপা য়ানি। ঈশ্বরগী উপাসনা তৌহনা মাগী খোজাল ফংন্ত্রবদি কনা অমত্ত জ্ঞান ফংহনা পোকপগী মহৈ যালহনবা ঙমদে। ইবুঙো মাগী কৃপা ম নক্সিন্দনা মীওইবগী নপোকসি মহৈ য়ানগদবনি। পরমেশ্বরসি ঙমখৈ নৈতনা মতীক মগুণ চাউরিবনি; মহাক্কু ভাবনা নানা নী থিনা খঙদে। অহুম্নদি ওইরবদা মাগী মতীক মগুণ অহুম্ন খরদ খঙলগা অমসুং তারগা মহগী মতুং ইন্না মাগী উপাসনা তৌবা মী লেমনা মাঙদে অসিগুম্বা মী শোয়দনা অয়ান্ খুবম ফংগনি। ইবুঙো মাগী মক্সমনা অপিক অচৌ থায়দে তোঙ্লবদগী তোঙ্লবা মীস্থু ওইসম্নু মানা পুক্নীং শেংনা ইবুঙো মাবু নীংজরবদি মহাক অথোইবা ভক্ত অমা ওই। মসিগী মরমদা শ্রীভগবান মশামক্না অস্তুম্না হায়রি—

> জ্ঞাত্বাজ্ঞাত্বাথ যে বৈ মাং যাবান্ যশ্চাস্মি যাদৃশঃ।
> ভজন্ত্যনন্যভাবেন তে মে ভক্ততমা মতাঃ॥
>
> (ভাগ-১১।১১।৩৩)

"কৃষ্ণ ঐ কনানো, কয়ামুক চাউই অমসুং করম্না মওংগীনো মসি পুম্নমক্কু খঙলগা নত্রগা খঙত্রগা (খঙনা নত্রগা খঙদনা) মী শিং অহক্না পুক্নী অমা শোঙদনা কৃষ্ণ ঐমক্তবু নীংজহনা লৈ, অসিগুম্বা মথোয়শিংছু কৃষ্ণ ঐগী খ্বায়দগী অথোইবা ভক্তশিংনি হায়বসি ঐগী অবেপ্পানি।"

মরম অসিনা কনা অমত্তনা "ঐ করিমত্ত খঙদে, ঐনা করম্না ঈশ্বরগী ভজন তৌনা ঙমগনি" অসিমচিংবা খন্দুনা পুক্নীংদা চিংনরোইনবনি, ঙম্বমখৈ হোৎনহনা পুক্নী শেংনা মাগী ভজন তৌগদবনি। রত্নাকর ডাকুনা অহানবদা "রাম" শোনবা থোক্তহনা "মরা" শোন্দুনা লৈরদগী মমৈথঙদা মহাক কাওরবা ঋষি বাল্মীকি ওইখি হায়বসি ইতিহাসদা ফাওরিবনি। অতুগা কৃষ্ণ মাগী মশকপু "ঐঙোন্দগী মতোপ্পা নত্তে, মহাক ঐমকনি" হায়না খঙলবা অমাশিংনস্থু মাগী ভজন তৌহনা লৈ হায়বসিগী মরমদস্থু অস্তুম্না হায়রি—

> আত্মারামাশ্চ মুনয়ো নির্গ্রন্থা অপ্যুরুক্রমে।
> কুর্বন্ত্যহৈতুকীং ভক্তিমিত্থম্ভূতগুণো হরিঃ॥
>
> (ভাগ ১।৭।১০)

"আত্মাগী চিন্তম তৌদুনা মহুদা মুংঙাইদুনা লৈরবা অমসুং সংসারগী অপুনবা লৈত্রবা মুনি-শিংনসু মতীক মগুণ চাউরবা শ্রীভগবানগী ভক্তিবু মরম লৈতনা ( অপাম্বা য়াওদনা ) তৌদুনা লৈ, অসিগুম্বা গুণশিংনা তিন্দুনা লৈবা শ্রীহরিনি।"

অদুগা মাগী মতীক মগুণ খঙদনা ভজন তৌদুনা লৈবা মীশিংমসু কয়ম্বা মহৈ কংবগে হায়বসি অস্মুম্না হায়রি—

বাসুদেবে ভগবতি ভক্তিযোগো নিযোজিতঃ।
জনয়ত্যাশু বৈরাগ্যং জ্ঞানঞ্চ যদহৈতুকম্॥
(ভা ১।২।৭)

"শ্রীভগবান বাসুদেবগী মযমদা তৌরিবা ভক্তিযোগ অসি যাম্না থুনমক মরম লৈতবা (মোক্ষগী সাধন ওইবা) বৈরাগ্য অমসুং জ্ঞানবু পোকহল্লী।"

অসিগুম্বা ভক্তশিংদু কনা কনানো হায়বসিবুসু শ্রীভগবান মশামক্তা অস্মুম্না হায়রি—

সাধবো হৃদয়ং মহ্যং সাধূনাং হৃদয়ং ত্বহম্।
মদন্যৎ তে ন জানন্তি নাহং তেভ্যো মনাগপি॥
(ভা ৯।৪।৬৮)

"কৃষ্ণ ঐগী হৃদয় (থম্মোয়) সাধুশিংনি অদুগা সাধুশিংগী থম্মোয় কৃষ্ণ ঐমক্নি। মখোয়না কৃষ্ণ ঐ নত্তনা অতোপ্পা অমত্তবু খঙদে, অদুগা কৃষ্ণ ঐসু মখোয়দগী খজিক্কং ফাওবা লাপথোকনা লৈতে (মখোয়গী আত্মা ওইদুনা লেংদনা লৈ)॥

মরম অসিনা কৃষ্ণ মাবু ঈশামকনি খঙনীদুনা যোগাভ্যাস তৌরিবা মীনা হোৎনরিবা যোগতত্ত্ববু নীংথিনা মহৈ য়ালহন্নবগীদমক ইবুঙো মাগী ভক্তিবুসু পুক্নীং অনী লোংদনা তৌদুনা লৈগদবনি॥ ৪৭॥

মতৌ অস্মুম্না শ্রীভগবান্না শকপা উপনিষৎশিংদা ব্রহ্মবিদ্যাগী মশক ওইবা যোগশাস্ত্রগী মফম দা অর্জুন অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী বাহং পাউথুম ওইনা ঙাওনবদা "আত্মসংযমযোগ" (পুক্নীংবু লাকশিন্নবা যোগ) কৌবা তরুকশুবা অধ্যায়গী স্বামী যোগেন্দ্রানন্দনা ইবা অথুপ্পা বাগা লোয়নবা অন্বয় ব্যাখ্যা লোইরে॥ ৬॥

॥ ইতি শুভমস্তু॥

**অপুনবা অর্থ :—** শ্রীভগবান্না হায়বিথি— হে অর্জুন। কৃষ্ণ-এগী ঈকমদা পুক্নী থিংজিন্দুনা থম্লগা কৃষ্ণ এমক্তবু চঙজফম ওইনা লৈহনা যোগাভ্যাস তৌরিবা নঙনা অরেম্বা লৈতনা মতীক মগুণ পুম্নমক লৈরিবা এবু চিংনবা লৈতনা মতৌ অস্থুম্না খঙবা ঙমগনি, অহুগুম্বা মতৌহুবু তাও ॥১॥

**অথূপ্পা বা**

অহানবা শ্লোক অসিদা শ্রীভগবান্না য়াম্না শম্না সাধ্য অমহু সাধন অনীসিবু তাক্লি। অহুদা শ্রীভগবানগী অশেংবা মশক খঙবসি সাধ্যনি অহুগা মহুগীদমক শ্রীভগবান্দা পুক্নী চঙবা, মাবু নীংহুনা যোগ তৌবা অহুগা মঙোনতদা চঙজহনা য়াম্না থাজনা লৈবা অহমসি সাধননি। সাধন অহুমসিনা শ্রীভগবানবু নীংথিনা খঙনবা হোৎনগদবনি ।১।

শ্রীভগবান্না হায়গদৌরিবা মতৌ অসি সূপ্পা অর্জুনতগী নত্তে, ঈশ্বর ওইবা কৃষ্ণ মাবু খঙনীবা মতীক চাবা মী পুম্নমকনি। মরম অসিনা সংসারগী অপাম্বা থাদোকহন্দুনা মহুদা চঙশিন হন্নবগীদমক মতৌ অহুবু থাগত্তুনা হায়রি—

জ্ঞানং তেহহং সবিজ্ঞানমিদং বক্ষ্যাম্যশেষত ।
যজ্জ্ঞাত্বা নেহ ভূযোহন্যজ্জ্ঞাতব্যমবশিষ্যতে ॥ ২ ।

**অন্বয় ব্যাখ্যা :—** অহ =কৃষ্ণ এনা, তে=নহাকীদমক, সবিজ্ঞানং=ভকথেংনবা ( শংশঙবা ) খঙবগা লোয়নবা, ইদ জ্ঞানং—পরমেশ্বর এগী শক্তমবু খঙনবা জ্ঞান অহুবু অশেষত—অরেম্বা লৈতবা ( থাকহোবা লৈতবা ), বক্ষ্যামি—হায়গনি যৎ জ্ঞাত্বা=মহুবু খঙলগা ইহ—সংসারসিদা ভূয়:—অমুক হন্না জ্ঞাতব্য অন্যৎ—খঙবা য়াবা অতোপ্পা অমা, ন অবশিষ্যতে=লেমহুনা লৈহৌরোই ॥ ২ ॥

**অপুনবা অর্থ :—** কৃষ্ণ এনা নহ কীদমক শংশঙনা খঙবগা লোয়নবা জ্ঞান অহুবু থাকহোবা লৈতনা হায়গনি, জ্ঞান অহু ওইরগা সংসারসিদা অমুক হন্না খঙবা য়াবা অতোপ্পা অমা লেমহুনা লৈহৌরোই ॥ ২ ॥

**অথূপ্পা বা**

শ্লোক অসিদা শ্রীভগবান্না অথুপ্পা ব্রহ্মতত্ত্ববু খঙনহনবগীদমক বিজ্ঞানগা লোয়ননা তাক্লে হায়রি। কবিগুম্বা পোং অমবু উবদি তৌদনা ( উরুদনা ) মহুগী মশক মওঙ চম্না খঙবসি জ্ঞাননি, মসিবু পরোক্ষজ্ঞান কৌই, অহুগা পোং অহুবু উহনা শংশঙনা খঙবসি বিজ্ঞাননি, মসিবু অপরোক্ষজ্ঞান (সাক্ষাৎকার) কৌই। মসিদগী শ্রুতিনা ব্রহ্মতত্ত্বগী মরমদা অস্থুম্না হায়রি—

অস্তি ব্রহ্মেতি চেদ্বেদ পরোক্ষজ্ঞানমেব তৎ।
অহং ব্রহ্মেতি চেদ্বেদ সাক্ষাৎকারঃ স উচ্যতে॥

( বরাহোপনিষৎ ২।৩২ )

ব্রহ্মগী অশক খংওবু লৈ হায়বদা খঙবদি মহু পরোক্ষজ্ঞানবনি, অদুগা ঐ ব্রহ্মনি হায়না শংশঙনা খঙলবদি মহু সাক্ষাৎকার (অপরোক্ষ) জ্ঞাননি।

মরম অসিনা "সত্যং জ্ঞানমনন্তং ব্রহ্ম (তৈ উ ২।১।১)—"সৎ, চিৎ অমসুং ওমখৈ লৈতবা ব্রহ্মনি।" "সর্ব্বং খল্বিদং ব্রহ্ম (ছা উ ৩।১৪।১—"পুম্নমকসি ব্রহ্মনি"— অসুম্না চম্না খঙবসিবু শ্রীভগবান্না মফগসিদা "জ্ঞান' হায়বা ৱাহৈসিনা তাকলি অদুগা 'অহং ব্রহ্মাস্মি' —(বৃ উ ১।৪।১)—"ঐ ব্রহ্মনি' 'অহমেবেদং সর্ব্বম্" (ছা উ ৭।২৫।১)—"পুম্নমকসি ঐমক্তি। 'আত্মৈবেদং সর্ব্বম্" (ছা উ ৭।২৫।২)—"পুম্নমকসি আত্মামকনি। অসুম্না শংশঙনা খঙবসিবু 'বিজ্ঞান হায়বা ৱাহৈ অসিনা তাকলি। মতৌ অসুম্না শংশঙনা খঙলবদি আত্মাগী মশক ওইবা ব্রহ্ম মত্তবা পোৎ অমত্ত লৈতবা মরম্না পুম্নমক খঙবা ওই। পুম্নমকসি অমত্ত ওইবা ব্রহ্মদগী পোক্লকপা মরম্না মতোন্দগী অতোপ্পা নত্তে মরু ওইবা ব্রহ্মবু খঙলবদি পুম্নমকসি খঙবা ওমগনি। মরম অসিনা মসিবু খংগে হায়বগীদমক শৌনক ঋষিনসু অঙ্গিরা ভারদ্বাজগী মফমদা অসুম্না হংই—"কস্মিন্ন ভগবো বিজ্ঞাতে সর্ব্বমিদং বিজ্ঞাতং ভবতি" (মুণ্ড উ ১।১।৩)—'হে ভগবন! করিবু খঙলগা পুম্নমকসি নী থিনা শংশঙনা খঙবা ওমগনি ?' মসিগী পাউখুমদা ভারদ্বাজ ঋষিনা মহুবু তাক্কে হায়বগীদমক ব্রহ্মবিদ্যাগী উপদেশ পীখি। মতৌ অসুম্না ছান্দোগ্যদসু অসুম্না হায়রি—'যেনাশ্রুতং শ্রুতং ভবত্যমতং মতমবিজ্ঞাতং বিজ্ঞাতম্" (ছা উ ৬।১।৩) —"মহু খঙলবদা তাদবা পোৎসু তাবা ওই পুক্নীংনা খন্দবা পোৎসু খনবা ওই অমসুং শংশঙনা খঙদবা পোৎসু শংশঙনা খঙবা ওই।' হায়রিবা ৱাসি মরু (মরম) ওইনা লৈপাকপু খঙলবদি লৈপাক্লা শাবা চকু-উরাম্নচিংবা পুম্নমক লৈপাকমক্তনি মহুদগী অতোপ্পা অম্না নত্তে হায়না খঙবগী মতৌশুম্নবনি। ওহুক্তসু লেঙলি পাল্লিবা পুম্নমকী মরু ওইনা খঙবা ওমলবদি পুম্নমক অসিমুসু ব্রহ্ম মত্তবা অতোপ্পা পোৎ নত্তে, ব্রহ্মমক্তি হায়বসি নীংথিনা খঙবা ওমগদবনি। উদ্ধবকী মফমদসু শ্রীভগবান্না মসিগী মরমদা অসুম্না হায়রি—'নৈতদ বিজ্ঞায জিজ্ঞাসোর্জ্ঞাতব্যমবশিষ্যতে।" (ভাঃ ১১।২৯।৩২)—"মসিবু শংশঙনা খঙলগা খঙনীংবা মীগী খঙবা য়াবা অতোপ্পা পোৎ অমত্তা লেমহৌদে। মতৌ অসুম্না মকম অসিদসু শ্রীভগবান্না অর্জ্জুনবু ব্রহ্মতত্ত্ব তাক্কে হায়বগীদমক মহুবু শ্রাগত্তুনা হায়রিবনি ॥২॥

অসিগুম্বা তত্ত্বসিবু খঙবসি পরমেশ্বরগী কৃপা মত্তনা ওইথোক্তবনি মাগী উপাসনা তৌহুনা হোৎনবদগী মীনা মপোক কয়ামুক্তা কংওমত্রবা জ্ঞানসিবু কংই হায়বসি অসুম্না তাক্লি—

মনুষ্যাণাং সহস্রেষু কশ্চিদ যততি সিদ্ধযে।
যততামপি সিদ্ধানাং কশ্চিন্মাং বেত্তি তত্ত্বতঃ ॥৩॥

অর্থর ব্যাখ্যা।— মনুষ্যাণাং সহস্রেষু=মী লীশী, লীশীংগী মরক্তা, কশ্চিৎ—মরাইবক কয়া কনাগুম্বা অমত্তনা, সিদ্ধয়ে—ব্রহ্মতত্ত্বগী জ্ঞানসিবু কংনবগীদমক, যততি = শ্রবণ মনন

ভূমিরাপোঽনলো বায়ুঃ খং মনো বুদ্ধিরেব চ।
অহঙ্কার ইতীয়ং মে ভিন্না প্রকৃতিরষ্টধা ॥ ৪ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—** ভূমি = পৃথিবী (লৈপাক্কী অকুপ্পা শরুক), আপ = ঈশিং (ঈশিংগী অকুপ্পা শরুক), অনল = মৈ (মৈগী অকুপ্পা শরুক) বায়ু = নুংশিং (নুংশিংকী অকুপ্পা শরুক), খং = অতিয়া (আকাশগী অকুপ্পা শরুক), মন = পুক্নীংগী (পুক্নীংগী মরম ওইবা অমসুং ঐ হায়না খঙনরিবা অহঙ্কার), বুদ্ধি = রাখল (মথক্তা হায়রিবা অহঙ্কারসিগী মরম হায়বদি মচাক ওইবা মহত্তত্ত্ব), অহঙ্কার এব চ = অদুগা খায়গী মরু ওইবা মায়াশক্তি (জীব পুম্নমক্কী সংস্কার পূন্না তিন্দুনা লৈবা অব্যক্ত কৌবা শক্তি), ইতি = মতৌ অসুম্না মে = পরমাত্মা ওইবা কৃষ্ণ ঐগী, ইয়ং প্রকৃতি = সংসারগী মচাক ওইবী প্রকৃতি অসি অষ্টধা ভিন্না = নীপালথোক্লা খায়রি ॥ ৪ ॥

**অপুনবা অর্থ ।—** লৈপাক, ঈশিং মৈ নুংশিং, আকাশ (অতিয়া অহা বা) মন, বুদ্ধি অমসুং অংহঙ্কার অসি পরমেশ্বর ওইবা এগী রাখল নীপাল থোক্লা লৈবা প্রকৃতিনী ॥ ৪ ॥

অথূপ্পা বা

শ্লোক অসিদা শ্রীভগবান্না হায়রিবা লৈপাক্কগী (পৃথিবীদগী) হৌদুনা অতিয়া (আকাশ) ফাওবা ভূত মঙা অসিবু ঐখোয়না উরি খঙলিবা অচম্বা অপোবা লৈপাক্কচিংবা ওইনা লৌরোইদবনি। মখোয়শিং অসিদি শেমদোকখ্রবা অপোবা থবক ঙাক্কনি মখোয়শিংসিদগী অতোপ্পা তত্ত্ব অমা থবক ওইনা পোক্কে। মরম অসিনা মখোয় প্রকৃতি (অনৌবা তত্ত্বগী মচাক) নত্তে, সূপ্পা অপোবা থবক্নি। অসিগুম্বা অপোবা লৈপাক নচিংবগী প্রকৃতিদি (মচাক্তি) ঐখোয়না উবা ঙমদবা অকুপ্পা লৈপাক নচিং বনি। মখোয়শি দুবু শাস্ত্রদা "তন্মাত্র" হায়না কৌই। মখোয়বু লৌদুনা শ্রীভগবান্না "মে ভিন্না প্রকৃতি-ষ্টধা" হায়বনি। মখোয় মঙা অদুবু তোঙাল তোঙান্না গন্ধতন্মাত্র (মনমদা ওইবা অকুপ্পা লৈপাক) রসতন্মাত্র (মহাওদা ওইবা অকুপ্পা ঈশিং) রূপতন্মাত্র (মচুদা ওইবা অকুপ্পা মৈ) স্পর্শতন্মাত্র (শোকপদা ওইবা অকুপ্পা নু শিং) অমসুং শব্দতন্মাত্র (খোঞেন্দা ওইবা অকুপ্পা অতিয়া) হায়না কৌই। অসিগুম্বা তন্মাত্র ওইবা তত্ত্ব মঙাসি "মন" হায়বা রাহৈনা হায়খিবা অহঙ্কার তত্ত্বদগী পোক্লকই, অদুগা অহঙ্কার অসিদি "বুদ্ধি" হায়বা রাহৈনা হায়খিবা মহত্তত্ত্বদগী পোকপনি। মতৌ অসুম্না মহত্তত্ত্ব অসিসু "অহঙ্কার" হায়বা রাহৈনা হায়খিবা মায়াতত্ত্বদগী পোকই। মায়াতত্ত্বসি ঈশ্বরগী শক্তিনি, মহাক অতোপ্পা তত্ত্ব অমদগী পোক্তে মসি খায়গী মরু ওইবী মচাকনি মহাপ্রলয়গী মতমদা মসিদা, জীব পুম্নমক্কী পাপ পুণ্যশিংগী মশক ওইবা সংস্কার পুম্নমক তিন্দুনা লৈরম্বনি। সংস্কারশিংদুনা মরম ওইদুনা ঈশ্বরনা লৈশেমগে নীংলবা মতমদা মায়াশক্তি অদুদা লৈরিবা সত্ত্ব, রজ অমসুং তমং কৌবা গুণ অহুমদা অথোই অহেন নাইনা ঈচেল লাক্নুনা ঈথক হৌরকপদগী

মথ৲ মনাও নাইনা মহতত্ত্বনচিং৲বা পোক্কুনা সৃষ্টি (লৈশেম) অসি ওইরক্লিবনি। মরম অসিমা শ্রুতিমা অস্মুম্না হায়ব্রি—"মায়াং তু প্রকৃতিং বিদ্যান্মায়িনং তু মহেশ্বরম্" (শ্বেত উ ৪/১) —"মায়াবু জগৎকী প্রকৃতিনি (মচাক্লি) অদুগা অদুগা মহেশ্বরবু মায়ীনি (মায়াবু মথা প্রোলহন ঙ্মনা থম্বা মপুম্নি) হায়না খঙউ।" মতৌ অসুম্না হায়রিবা মায়াগী মশক ওইবী প্রকৃতি অসিগী মরমদা সাংখ্যশাস্ত্রদসু অসুম্না তাক্লি—মূলপ্রকৃতিরবিকৃতির্মহদাদ্যাঃ প্রকৃতি বিকৃতয়ঃ সপ্ত। ষোড়শকস্তু বিকারো ন প্রকৃতির্ন বিকৃতিঃ পুরুষ ॥" (সাংখ্য কা ৩)—খ্বায়গী মরু ওইবী প্রকৃতিসি অতোপ্পা অমদগী থবক ওইনা পোক্তে, অদুগা মহতত্ত্বমচিং৲বা তরেংতি অতোপ্পগী প্রকৃতিসু (মচাকসু) ওই, অমসু৲ মশা মশামকসু অতোপ্পদগী পোকই। অদুগা তরাতকক্তি থবক্তা ওই, পুরুষ হায়বদি জীবাত্মাদি কনাগীসু থবক অমসু৲ প্রকৃতি (মচাক) ওইদে।" হায়রিব সিবু তশে৲ তশেংনা অসুম্না খংসি—খ্বায়গী মরু ওইবী প্রকৃতিদগী অহানবদা মহত্তত্ত্ব (বুদ্ধিতত্ত্ব) মহত্তত্ত্বদগী অহঙ্কার পোকই অদুগা অহঙ্কারসিদা আকাশগী তন্মাত্র, মু৲শিংকী তন্মাত্র মৈগী তন্মাত্র ঈশিং৲গী তন্মাত্র অমসু৲ লৈপাক্কী তন্মাত্র মঙাসি পোকই। অদুগা তন্মাত্র মঙাসিদগী জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা, কর্ম্মেন্দ্রিয় মঙা, প্রাণ মঙা অমসু৲ মন (পুক্নী৲) তরাতককসি পোকই। তরাতরুক অসিদি থবক ঙাক্তুনি মখোয়দগী অতোপ্পা অমা পোক্তে। পুরুষ হায়না তাক্লিবা জীবাত্মাসিদি কনাগীসু প্রকৃতি (মচাক) অমসুং বিকৃতি (থবক) নত্তে। মতৌ অসুম্না সাংখ্যসিদ্ধান্তগী মতুং৲ইনা মূলপ্রকৃতি, মহত্তত্ত্ব, অহঙ্কার, তন্মাত্র মঙা, জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা কর্ম্মেন্দ্রিয় মঙা, প্রাণ মঙা, মন অমসুং পুরুষ পুম্না কুন্নমঙাসি তত্ত্বনি হায়বনি। অদুবু মরম অসিদদি বেদান্তগী সিদ্ধান্ত মতুং ইনা ঈশ্বরনা সৃষ্টি তৌগে (লৈশেমগে) নীংবদগী মাগী শক্তি ওইবী মায়াদগী বুদ্ধি বুদ্ধিদগী অহঙ্কার অমসুং অহঙ্কারদগী পৃথিবীনচিংবগী অকুপ্পা তন্মাত্র মঙা পোকই। হায়রিবা নীপাল অসি জগৎকী অচেতন ওইবী (অচঙবা নত্তবী) প্রকৃতিনি (মচাক্লি) হায়না শ্রীভগবাননা তাকপনি। ৪।

মতৌ অসুম্না অখোইবা ওইদবী অমসুং অচেতন ওইবা প্রকৃতি নীপাল তাক্লগা হৌজিক অখোইবী অমসুং চেতন ওইবী প্রকৃতিবু অসুম্না তাক্লি—

অপরেয়মিতস্ত্বন্যাং প্রকৃতিং বিদ্ধি মে পরাম্।
জীবভূতাং মহাবাহো যয়েদং ধার্য্যতে জগৎ ॥৫॥

অন্বয় ব্যাখ্যা:—মহাবাহো = পাম্বোম চাউবা হে অর্জুন! ইয়ং—মথক্তা হায়খ্রিবা নীপালসিদি, অপরা=খোইদোক্তবী (অচঙবা নত্তবী—মথায় পান্দবী) প্রকৃতিনি, ইত তু—অদুগা মসিদগী, অন্যাং—অতোপ্পী, পরাং—অখোইবী (অচঙবী), মে প্রকৃতিং—পরমেশ্বর ওইবা কৃষ্ণ ঐগী প্রকৃতিবু, জীবভূতাং বিদ্ধি—জীবগী মশক ওইবীনি খঙউ, যয়া—মসিনা, ইদং জগৎ—লেংঙবি-পাল্লিবা তাইবং৲পান্নসিবু, ধার্য্যতে=ঙাক-শেন্দুনা লৈরিবনি ॥৫।

**অপুনর্বা অর্থ:**— পাণ্ডোর চাউবা হে অর্জুন! মবক্তা হায়গদ্রিবা নীপাল অসিগি থোইদোক্লবী জড প্রকৃতিদি অহুগা মসিদগী অতোপ্পা কৃষ্ণ ঐগী অথোইবা প্রকৃতিবু জীবগী (চেতনগী অচঙবীগী) মশক ওইবীনি খঙউ, মসিনা জগৎসিবু (তাইব্‌সিবু) ভাক্লগা পুংনা লৈরিবনি ॥ ৫ ॥

**অথুপ্পা বা**

লেংলি পাল্লিবা তাইব্‌সিদা জড (অশিবা) অমসুং অচঙবা (চেতন) হায়না অনীথোক্লা খায়বা পোং অনী লৈ। মহুদা অশিবা (জড) ওইবা পোংশিংগী মচাক্তি মথক্তা হায়খিবা মায়ানচিংবা মখল নীপালগী প্রকৃতিনি অহুগা অচঙবা পোংশিংগী মচাক্তি চেতন (আত্মগী মশক ওইবা) পরমাত্মাগী শক্তক অচঙবা জীব ওইবী প্রকৃতিনি। মতৌ অসুম্না মাপল থোক্লনা খায়রিবা প্রকৃতিসিগী মমুদা চঙদবী (জড) প্রকৃতি অপরানি (থোইদবীনি) অমসুং অচঙবী প্রকৃতি পরানি (অথোইবীনি) হায়বসিদি ময়েক্লনি। অহানবদা পরমাত্মানা চঙদবী (জড) প্রকৃতিদগী তাইব সিবু শাবগা মহুদা অচঙবী (চেতন) প্রকৃতি জীববু চঙহন্দুনা অচং চত্ত ওইহনখিবনি। জীবসি পরমাত্মাদগী অতোপ্পা অমা নত্তে পরমাত্মা মশামক প্রাণ ধারণ তৌবদগী (থল্লায় পানবদগী) জীব ওইবনি। মরম অসিনা শ্রুতিনা অসুম্না তাক্লি— "অনেন জীবেনাত্মনাহনুপ্রবিশ্য নামরূপে ব্যাকরবাণি।" (ছা উ ৬।৩।২)— "চঙদবী প্রকৃতিনা শেমলিবা তাইব্‌সিদা থল্লায়পানবগী মশক ওইবা জীবাত্মাসিগী মশক লৌদুনা চঙলগা মিংশিং অমসুং মশক মওংশিংবু ঐনা (পরমাত্মানা) ফোংদোকে" স এষ ইহ প্রবিষ্ট আনখাগ্রেভ্যঃ।" (বৃ উ ১।৪।১)— পরমাত্মা জীবসি ওইহুনা হকচাংসিদা কোক্তগী তোন ফাওবা চঙখ্রে।" "ইদং সর্বমসৃজত যদিদং কিঞ্চ। তৎ সৃষ্ট্বা তদেবাহনুপ্রাবিশৎ।" (তৈ উ ২।৬)— "সংসারসিদা লৈরিবা খঙলিবা পুমমকসিবু শারগা (শেম্লগা) অমাবা পরমাত্মাহু মহুদা চঙখ্রে।" মতৌ অসুম্না জীবসি পরমাত্মাগী মশকমক ওইবদগী অচঙবা প্রকৃতি ওইবা মরম্না চঙদবা প্রকৃতিদগী অথোইবনি হায়বসিবু শ্রীভগবান্না তাকপনি ॥ ৫ ॥

মতৌ অসুম্না হায়রিবা প্রকৃতি অনীসিনা মরম ওইহুনা শ্রীভগবান্ মশামক্তা জগৎ পুমমকসিবু অসুম্না তাক্লি—

**এতদ্যোনীনি ভূতানি সর্বাণীত্যুপধারয়।**
**অহং কৃৎস্নস্য জগতঃ প্রভবঃ প্রলয়স্তথা ॥ ৬ ॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**— সর্বাণি ভূতানি—অচং-চত্ত তাইবং পুমমকসি, এতদ্যোনীনি—অচঙবী অমসুং চঙদবী প্রকৃতি অনীসিদগী পোক্লকপনি, ইতি উপধারয়—অসুম্না লেপ্পুনা খঙউ, (মতৌ অসুম্না প্রকৃতি অনীসিনা মরম ওইহুনা)— অহং=পুমমকপু খঙবা অমসুং তৌবা ঙম্বা পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐ, কৃৎস্নস্য জগতঃ—তাইব পুম্বসিগী, প্রভব—পোক্লকমনি, তথা=অদুমনা, প্রলয়—পুম্নকমসুনি ॥ ৬ ॥

**অপুনবা অর্থ :—** অচৎ-চত্ত তাইব পুম্বসি অচঙ চঙদ ( অচঙ অশি ) প্রকৃতি অনীসিদগী পোকলকপনি খঙউ। মতৌ অসুম্না পরমেশ্বর ওইবা কৃষ্ণ ঐমক তাইবং পুম্বসিগী পোক্লকম অমসুং থুম্লকমনি ।৬।

## অথুপ্পা বা

ঐখোয়না সংসারসিদা উরিবা অমসুং খঙলিবা থবক পুম্নমকসিগী কারণ (মরম) অনী লৈ। অনী অদুবু উপাদান কারণ ( মচাক ওইবা মরম ) অমসুং নিমিত্ত কারণ ( অশাবা মীনচিংবা মরম ) হায়না কৌই। মরম অনী অসি লৈতনা করিগুম্বা থবক অমত্ত ওইবা য়াদে। মদুদা থবক্কী মনুংচম্না অমত্ত ওইনা লৈরিবা মরম অদুবু উপাদান কারণ ( মচাক ওইবা মরম ) হায়না কৌই। মদুগী খুদমদি— চক্ষ ওইবা থবক্কী, লৈপাকসি উপাদান কারণনি অমসুং ফিগী, লং উপাদান কারণনি ( মচাক ওইবা মরমনি )। অদুগা মচাক অসি নত্তবা অতোপ্পা মরম পুম্নমক নিমিত্ত কারণনি। মসিগী খুদমদি—চক্ষুশাবা, ফিশাবা মীনচিংবনি। অদুগা উপাদান কারণ ( মচাক ওইবা মরম ) অসিসু পরিণামী উপাদান কারণ অমসুং বিবর্ত্তী উপাদান কারণ হায়না অমুক অনীথোক্লা খায়রি। মদুদা মচাক অদু মশাগী হান্নগী মওঙ ওহোকখিদুনা থবক্কী মওঙ ওইনা লৈরবদি মদুবু পরিণামী উপাদান কারণ কৌই। মদুদি লৈপাক্লচিংবসি চক্ষনচিংবগী পরিণামী উপাদাননি, অদুগা মচাক অদু মশাগী হান্নগী মওঙ ওইনা ওহোক্লনা থবক্কী মওঙ ওইনা উরবদি মদুবু বিবর্ত্তী উপাদান কৌই। মদুদি থৌরী মককসি মদুদা উরিবা লিনগী বিবর্ত্তী উপাদান কারণনি, অদুগা লিন অদুগী পরিণামী উপাদানদি থৌরী মককুপু খঙদবগী মশক ওইবা অজ্ঞাননি। মতৌ অসুম্না তাইবংগী মশক ওইবা থবক অসিগীসু মথক্তা হায়খ্রিবা চঙদবা অশিবা (অচেতন) প্রকৃতি নীপালসি পরিণামী উপাদান কারণনি ( মচাক ওইবা মরমনি )। মখোয়গী মনুংদা মকোক ওইরিবদি ঈশ্বরগী শক্তি ওইবা মায়া প্রকৃতিনি, মহাকমক্তা সংসারগী মরূনি, অতোপ্পা তত্ত্বংতি মঙোন্দগী পোক্লবা মতু দা মথ মনাও নাইনা উপাদান (মচাক) ওহরকপনি। অদুগা মাপলগুবা অচঙবা (চেতন) জীবসিদি পরমাত্মা পরমেশ্বরগী মশক্তি সুপ্পা খাইদোকহল্লিবা অম্ভ করণনচিংবা উপাধিশিংনা মরম ওইদুনা তোঙান্না উবদনি। জীবসিনা মরম ওইদুনা শ্রীভগবান জগৎসিগী নিমিত্ত কারণ ওইরিবনি। শ্রুতিনসু অসুম্না হায়রি—"অনেনৈব জীবেনাত্মনানুপ্রবিশ্য নামরূপে ব্যাকরোৎ।" ( ছা উ ৬।৩।৩ )—"পরমাত্মানা জীবাত্মাসিগী মওঙ লৌদুনা চঙলগা সংসারগী নাম ( মখল মথা অয়াম্বা মিং ) অমসুং রূপ ( মখল মথা অয়াম্বা মওঙ ) অনীসিবু কোঙদোকহল্লি।" অদুগা মহাকসি বিবর্ত্ত ( থবক ওইনা ওহোক্লনা উরিবা ) লিনগী বিবর্ত্তী উপাদান কারণ থৌরী মকক্কী মতৌগুম্না বিবর্ত্ত জগৎসিগী বিবর্ত্তী উপাদান কারণনি। মরম অসিনা শ্লোক অসিদা সাক্ষাৎ পরমেশ্বর শ্রীকৃষ্ণনা—"ঐ তাইবঙ অসিগী পোক্লকম (প্রভব)

পরলোকতীদমক ব্রহ্মবিদ্যা ওইবা ধন তানশিন্নবদা মতীক চায় তাকপনি। অশেংবা অমসুং অথোইবা ধনদি ( লনদি ) বিদ্যানি, মহুপা মান্নবা ধন অমত্ত সংসারসিদা লৈতে। মরম অসিনা অসুম্না হায়রি—"বিদ্যাধনং সর্ব্বধনবরিষ্ঠম্" "বিদ্যাগী মশক ওইবা ধনসি ধন পুম্নমক্কী মনুংদা খ্বায়দগী অথোইবনি।" মহুদসু ব্রহ্মবিদ্যা ওইবা ধনগী মরমদদি করি অমুক হায়গনি? মহু ফংলবদি মীওইবগী মপোকসি মহৈ য়ানগনি, মহু ফংলবা মীহু অমুক হন্না সংসারসিদা হল্লক্লরোই, ব্রহ্মদা তিনথ্রগনি। মরম অসিনা ব্রহ্মবিদ্যাবু ফংলবা ঋষি অমনা অসুম্না লাউরি—

বেদাহমেতং পুরুষং মহান্ত—
মাদিত্যবর্ণং তমস পরস্তাৎ।
তমেব বিদিত্বাহতি মৃত্যুমেতি
নাহন্যপন্থা বিদ্যতেহয়নায॥ ( শু যজু ৩১। ৮ )

"মকম পুম্নমক্তা শীনথুংনা লৈবা অচৌবা পুরুষ ( থরায় পানবা পুম্নমক্কী হৃদয়দা হায়বদি থম্মোয়দা অমত্ত ওইনা লৈবা আত্মা) অসিবু ঐনা (ঈশামক্লি হায়না) খঙলে মহাকসি অজ্ঞানগী মশক ওইবা অমম্বদগী য়াম্না থাপ্না লৈ অহুগা মুমিংকী মঙালগী মতৌগুম্না ঙাল্লিবা চেতন ( জ্ঞান ) অসি মাগী মশক্লি। অসিগুম্বা পুরুষ ( ব্রহ্মগী মশক ওইবা আত্মা ) অসিবু মশামকনি হায়না খঙলবা মীনা পোকপা শিবা নাইবা স সারসিদগী লাম্হোকই মাবু খঙবা নত্তনা সংসারসিদা মোক্ষ ফংনবা লম্বী অমত্ত লৈতে।"

অসিগুম্বা ব্রহ্মবিদ্যাগী মশক ওইবা জ্ঞানসিবু ফংহনগে হায়বগীদমক মায়ামা হকচাং লৌদুনা লৈবগুম তৌবা সাক্ষাৎ পরমাত্মা শ্রীকৃষ্ণনা হায়রিবনি—"ঐঙোন্দগী থোইনা তোপ্পা করিগুম্বা অতোপ্পা পোৎ অমত্ত লৈতে, লংদা মণিশিং লেংহুনা লৈবগী মতৌগুম্না পুম্নমকসি ঐঙোন্দা চঙজহুনা লৈরিবনি।" মসিদা শ্রীভগবান্না লংদা মণিশিং লেংহুনা লৈবগী দৃষ্টান্ত ( খুদম ) পীরিবসি সুপ্পা চঙজহুনা লৈবগী মরমদনি, লংদগী মণিশিং অতোপ্পা অমা নত্তে হায়বা নত্তে। মত্রগা মসিগী অর্থ অসুম্না তৌগদবনি—লং অমসুং মণিগী উপাদান কারণ (মচাক ওইবা মরম) পৃথিবীনি (লৈপাকনি) লৈপাক অহুগী মওঙদা য়েংলবদি লংদগী মণি থোইনা তোপ্পা পোৎ নত্তে অনীমক লৈপাক ওইনা অমত্তনি অহুমক ওইহুনসু লংদা চঙজহুনা মণিশিং পরেং ওইনা উই। মতৌ অহুম্না ঐথোয়না উরিবা অমসুং খঙলিবা পোৎ পুম্নমকসি ব্যবহারগী মতমদা তোপ্পা তোপ্পা উব খঙলবসু অমসুং শীজিন্নরবসু অশেংবা মীৎয়েংনা য়েংহুনা জ্ঞান তৌবা মতমদা মথোয়গী মকোক ওইনা লৈরিবা উপাদান কারণ ( মচাক ওইবা মরম ) শ্রীভগবান্দগী থোইনা তোপ্পা পোৎ নত্তে, শ্রীভগবান্ মত্তনি, পুম্নমকসি মঙোন্দা চঙজহুনা অমসুং মা ( শ্রীকৃষ্ণ ) তোত্তুনা লৈবা ঙাক্তনি। মসিগী খুদমবু শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণদসু অসুম্না হায়রি— "যস্মিন্নোতমিদং প্রোতং বিশ্বং শাটীব তন্তুষু" (৯/৯/৭) ওতপ্রোতমিদং যস্মিংস্তন্তুষঙ্গ যথাপটঃ" ( ১ । ১৫ । ৩৫ ) "লংশিংদা সাড়ী নত্রগা কি অমত্ত

ওইস্রা তোত্তৢবা লৈবগী মতৌগুম্না তাইবঙ পুম্নমকসি শ্রীভগবান কৃষ্ণ অসিদা অমত্ত ওইনা তোত্তৢবা লৈরিবনি।" শ্রুতিনস্যু অস্থুম্না তাক্লি—"যস্মিন্নিদং সর্ব্বমোত প্রোতং যস্মাদন্যন্ন পরং কিঞ্চনাস্তি" ( অ শি° উ ) "মহুদা পুম্নমকসি মম্নান তুয়ান তোত্ত না লৈরিবনি, মহুদগী তোপ্পা অতে প্পা করিগুম্বা পোৎ অমত্ত লৈতে।"

যস্মাৎ পরং নাপরমস্তি কিঞ্চিৎ
যস্মান্নাণীয়ো ন জ্যায়োস্তি কশ্চিৎ
বৃক্ষ ইব স্তব্ধো দিবি তিষ্ঠত্যেক°
তেনেদং পূর্ণং পুরুষেণ সর্ব্বম ॥ ( শ্বেঃ উ ৩।৯ )

"পরমাত্মা অহুদগী অতোপ্পা মহত্তত্ত্বনচি্বা কারণ ( জগৎকী মরম ) লৈতে অহুগা থবক ওইবা জগ সিস্যু করিমত্ত লৈতে মঙোন্দগী হেন্না কুপ্পা ( পীকপা ) পোৎস্যু লৈতে ( মহাক য়াম্না কুপ্পা পোৎনি ) অহুগা কনাগুম্বা হেন্না চাউবা পোৎস্যু লৈতে ( মহাক থায়দগী চাউই অমস্যু থগা লৈ ) অহুগা মহাক্তি মতোমদা মশাগী অঙানবা মশক্তা উগী মতৌগুম্না লেঙদবা লৈরিবনি অমস্যু পুমমক্কী হৃদয়দা লৈবা মহাকনা পুম্নমকসিদা থম্না লৈরিবনি।"

মরম অসিদগী বেদান্তদর্শনদস্যু যুক্তি পীহুনা অস্থুম্না হায়রি—"তদনন্যত্বমারম্ভণশব্দাদিভ্য°" ( বে দ ২।১।১৪ )—"সৃষ্টি ( লৈশেম ) হৌবগী মরমদা তাকপা বেদগী হায়হৈশি্দগী ঐখোয়না মসি খঙবা ঙম্মী মহুদি লেঙলি পাল্লিবা তাইবঙ পুম্নমকসি মঙোন্দগী ( পরমব্রহ্মদগী ) অতোপ্পা অমা নত্তে।" সৃষ্টিগী মরমদা শ্রুতিশি্না অস্থুম্না হায়রি—"সদেব সোম্যেদমগ্র আসীদেক°মেবাদ্বিতীয়ম্" ( ছা উ ৬।২।১ )—"উরি খঙলিবা তাইবঙসি অহানবদা ( লৈশেমগ্রিঙৈ মমাঙদা ) অনীশুবা লৈতবা সৃপ্পা অমত্ত ওইবা সৎব্রহ্ম ওইনা লৈরম্মী।" "ঐতদাত্ম্যমিদং সর্ব্বং তৎ সত্যং স আত্মা তত্ত্বমসি" (ছা উ ৬।৮।৭)—"হৌজিক উরিবা অমস্যু খঙলিবা পুম্নমকসি মহুগী (পরমব্রহ্মগী) মশকনি ( মঙোন্দগী অতোপ্পা নত্তে ), মহু সত্যনি ( মতম অহমক্তা মাঙ তাকপা লৈতনা লেঙদবা লৈবা পোৎনি ) মহাক আত্মানি নহাকস্যু মহাকমক্তি।" "তো বা ইমানি ভূতানি জায়ন্তে" ( তৈ উ ৩।১ )—"মহুদগী লেঙলি পাল্লিবা পুম্নমকসি পোক্লকই।" তস্মাদ্ব এতস্মাদাত্মন আকাশ সম্ভূতঃ' (তৈ উ ২।১।১)—"আত্মাসিদগী তোপ্পবা পরমাত্মা অহুদগী আকাশ পোকখি।" মতৌ অস্থুম্না মায়াশক্তিনা মরম ওইহুনা তাইবঙ পুম্নমকসি ব্রহ্মদগী পোক্লকপদগী অমস্যু মায়া শক্তি অসিস্যু ব্রহ্মদগী অতোপ্পা ওইনা মনী্ তস্যদগী উরি খঙলিবা পুম্নমকসি আত্মাগী মশক ওইবা ব্রহ্ম চাক্তনি হায়রবসিবুস্যু অস্থুম্না তাক্লি—"ব্রহ্মৈবেদং সর্ব্বম্" ( মু উ ২।২।১১ )—"পুম্নমকসি ব্রহ্মমক্তি।" "আত্মৈবেদং সর্ব্বম্" (ছা° উ ৫/২৫/২) —"পুম্নমকসি আত্মাসিমকনি"—"নেহ নানাস্তি কিঞ্চন" ( বৃ উ ৪।৪।১৯ )—"পুম্নমক্কী আশ্রয় ( চঙজফম ) ওইনা লৈরিবা ব্রহ্মসিদা অতোপ-অতোপ্পা করিগুম্বা পোৎ অমত্ত লৈতে।" মরম অসিনা ঐখোয়না মরাম উরিবসিদি মগুম্না মতৌগুম্বনি। মঙদা উরি খঙলিবা পোৎ পুম্নমক

অহ্ মথোৎনবী চঙজকম ওইনা লৈরিবা অমসুং মঙ মঙলিবা আত্মা অহৃদগী অতোপ্পা অমা নত্তে, তুম্বগী মশক ওইবা দোষহুনা মরম ওইহুনা আত্মা অহৃদা ময়াম ওইনা উবনখি। মতৌ অদুম্না তুম্বগী মশক ওইবা অজ্ঞানমমা (মায়ানা) আত্মা ওইবা ব্রহ্মদা ময়াম উবখি। তাইবংপান মঙগী মতৌগুম্বনি হায়বসিবু শ্রীভগবান মশামক্না উদ্ধবকী মফমদা অসুম্না হাযরি—

ঈক্ষেত বিভ্রমমিদং মনসো বিলাসং
দৃষ্টং বিনষ্টমতিলোলমলাতচক্রম্।
বিজ্ঞানমেকমুরুধেব বিভাতি মাযা
স্বপ্নস্ত্রিধা গুণবিসর্গকৃতো বিকল্পং।

(ভা ১১। ৩। ২৪)

"শেন্না খঙবগী মশক ওইবা তাইবংসিবু মননা (পূক্নীংনা) শাগৎপনি হায়না খঙউ মসি উবথক্কনি (অচুম্বা পোৎ নত্তে) মাঙগদবনি, ঙহাক্কা ফাওবা তুমিন্না লেপ্পুনা লৈতবনি অমসুং অলাতচক্রগুম্বনি (শীং মকক্ নপ্রগা ৱাচেং মতেক অমদা ফি য়েৎশিল্লগা মহৃবু থাউদা লুপ্পুনা মৈ থাগৎলবদি মহ্ অলাত কৌই। মহৃবু খুৎনা পাযহুনা থুনা উক্ক্রহ্ন লৈরবদি মৈ অহ্ কোইরক কোয়না উই মহ্ অলাতচক্রনি মহৃদা অকোয়ব মৈ লৈত্রবসু মৈহ্ কোয়না উবগুম্না তাইবং অসিবুসু অজ্ঞাননা মরম ওইহুনা ব্রহ্মদা শেন্নাননা উবনি) মরম অসিনা বিজ্ঞানগী মশক ওইবা অমসুং অমতং ওইবা ব্রহ্মদা ময়াম ওইবগুম্না উরি। মরম অসিদগী সত্ত্ব, রজ অমসু তম গুণ অহুমসিদগী ওইবা জাগ্রৎ স্বপ্ন অমসুং সুষুপ্তিগী অবস্থা (হৌদুনা লৈবা, মঙ মঙহুনা লৈরা অমসুং তুমখ্রুন হুন্না তুমদুনা লৈবগী ফীবম) অহুমসি মায়াগী মশক ওইবা মঙনি।"

মতৌ অসুম্না ময়াম ওইনা লৈরিবা জীবশিং অসিসু অশেংবমক্তদি ঈশ্বরদগী অতোপ্পা অমা নত্তে হায়বসিবুসু কপিল ভগবান্না মমা দেবহূতিগী মফমদা অসুম্না তাক্লি— "ঈশ্বরো জীবকলযা প্রবিষ্টো ভগবানিতি' (ভা ৩। ২৯। ৩৪)— থরায়পানবা পুম্নমক্তা ভগবান ঈশ্বর জীবগী মশক ওইনা চঙদুনা লৈরিবনি।" মসিবু বেদনসু অসুম্না হায়রি— "শরীরং ব্রহ্ম প্রাবিশৎ" (অথর্ব ১১।৮।৩)— "হকচাংদা ব্রহ্ম চঙখি।" মরম অসিনা শ্লোক অসিদসু শ্রীভগবান্না মত্তোংগী অতোপ্পা অমা লৈত্তে, পুম্নমকসি মানা তোঙ্গুনা লৈবা ওাক্কনি অমসুং পুম্নমক্তা মাতবু খঙনবা হোৎনগদবনি হায়বসি তাকপনি। মতৌ অসুম্না মাতবু খঙলরদা করম্বা মহৈ ফংগনি হায়বসিবুসু পরাশর ঋষিনা মৈত্রেয়গী মফমদা অসুম্না তাক্লি—

অহং হরিঃ সর্বমিদং জনার্দনো
নান্যত্ততঃ কারণকার্যজাতম্।
ইদৃঙ্মনো যস্য ন তস্য ভূয়ো
ভবোদ্ভবা দ্বন্দ্বগদা ভবন্তি॥ (বিষ্ণুপুরাণ ১।২২।৮৭)

"ঐ অমসুং তাইবঙ পূম্নমকসি জনার্দন হরিমকনি, মঙোন্দগী অতেপ্পা কারণ (মরম) অমসুং কার্য্য (থবক) অমত্ত লৈতে। মতৌ অসুম্না মীয়ুগী পুক্নীংদা রাখলসি লেপ্পুনা লৈ, মশাকী অমুক হন্না সংসারসিদা ওইগদবা অঙ-অশা অরামুংঙাইনচিংবা দ্বন্দ (অমগী মথংদা অমা শেংয়দনা ওইগদবা ফাইবোক) অসিগী মশক ওইবা লায়নাশিং (অনাবশিং) লৈতে।"

মরম অসিদগী মী খুদিংমক্না শ্রীভগবন্না তাক্লিবা জ্ঞান অসিবু যমবা হোৎনয়না পুন্সি মহৈ য়ালহনগদবনি ॥ ৭ ॥

তাইবঙ পূম্নমকসিদা শ্রীভগবান্ তোংশিন্দুনা লৈ হায়খিবা অহুবু তশেংতশেংনা শ্লোক মঙানা অসুম্না হায়রি -

রসোঽহমপ্সু কৌন্তেয় প্রভাস্মি শশিসূর্য্যয়োঃ ।
প্রণবঃ সর্ব্ববেদেষু শব্দঃ খে পৌরুষং নৃষু ॥৮॥

অন্বয় ব্যাখ্যা —কৌন্তেয়—কুন্তিগী মচা হে অর্জ্জুন। অহং=কৃষ্ণ ঐ, অপ্সু—ঈশিংদা রস অস্মি—রসতন্মাত্র ওইনা লৈ শশিসূর্য্যয়োঃ—থা অমসুং নুমিত্তা প্রভা (অস্মি)=মঙাল ওইনা লৈ, সর্ব্ববেদেষু=ঋগনচিংবা বেদ পূম্নমক্তা প্রণব (অস্মি)=ওঁকার ওইনা লৈ খে—আকাশদা, শব্দ (অস্মি)=শব্দ তন্মাত্র ওইনা লৈ, নৃষু—মীনচিংবা থরায়পানবশিংদা পৌরুষং (অস্মি)—থৌনা ওইনা লৈ ॥ ৮ ॥

অপুনবা অর্থ :— হে কৌন্তেয় অর্জ্জুন! কৃষ্ণ ঐ ঈশিংদা রসতন্মাত্র ওইনা লৈ, থা অমসুং নুমিত্তা মঙাল ওইনা লৈ ঋগনচিংবা বেদ পূম্নমক্তা ওঁকার ওইনা লৈ, আকাশদা শব্দতন্মাত্র ওইনা লৈ, মীওইবনচিংবা থরায়পানবা পূম্নমক্তা থৌনা ওইনা লৈ ॥ ৮ ॥

অথুপ্পা বা

অকুপ্পা মচাকশিংদগী অপোবা থবক ওইরকই হায়বদি পোক্লকই হায়বসি নিয়মনি, অহুগা মচাক ওইবা পোৎ অহু মহুদগী ওইরকপা পোৎতা (থবক্তা) তোঙ্বা অমত্ত ওইনা লৈ হায়বসিসু শোয়দবা নিয়মনি। লৈপাক্না শাবা চক্দা লৈপাক তোত্তনা অমত্ত ওইনা লৈ চক্দা লৈপাক লৈত্রবদি মহু (চক) কদৌঙৈদসু লৈবা ঙম্মোই। মতৌ অসুম্না ঐথোয়না উরিবা অমসু খঙলিবা পৃথিবীনচিংবা অপোবা থবকশিংগী মনুংদসু মখোয় মখোয়গী মচাক ওইবা অকুপ্পা শক্তক শোয়দবা লৈরিবনি। মহুদা অথোবা পৃথিবী, ঈশিং, মৈ নুংশিৎ অমসুং আকাশ ভূত মঙাসিগী অকুপ্পা শক্তি মথং-মনাও নাইনা শব্দতন্মাত্র, রসতন্মাত্র, রূপতন্মাত্র, স্পর্শতন্মাত্র অমসুং শব্দতন্মাত্রনি। অপোবা পৃথিবীনচিংবা অসিদা মখোয় তোত্তনা অমত্ত ওইনা লৈবা ঙাক্তনি, অহুগা মখোয়গী লৈবদগী অপোবা পৃথিবীনচিংবা লৈরিবনি, মখোয় লৈত্রবদি পৃথিবীনচিংবা অমত্ত লৈবা ঙম্মোই। অপোবা পৃথিবীনচিংবগী অরৈবদি মনীংতম্বা নত্তে,

গন্ধতন্মাত্রনচি‌ংবগী অরৈবদুগী মথাপোন্দুনা লৈবা ঙাক্তনি। অমরোম্দা হায়রগী গন্ধতন্মাত্রনচিংবা অদুবা অপোবা পৃথিবীনচিংবা পোং অমত্ত লৈতে। মরম অসিনা শ্রীভগবান্না হায়রিবনি—ঈশিংদা মহাক রসতন্মাত্র ওইনা তোত্তুনা লৈ মঙোন্দগী তোপ্পা ঈশিং নত্তে। মতৌ অসুম্না আকাশতন্ত্ শ্রীভগবান শব্দতন্মাত্র ওইনা লৈরিবনি। মসি পৃথিবীনচিংবদসু খঙগদবনি।

অদুগা মুমিং থা অনীসিদা লৈরিবা মঙাল অসিসু শ্রীভগবানমক্তি, মঙোন্দগী অতোপ্পা নত্তে শ্রীভগবানগী মঙাল অদু তোত্তুনা শৈবা মরমদগী মুমিং থা অনীমক লৈরিবনি। মাসবু মতুংদসু শ্রীভগবান্না অসুম্না হায়গনি—

যদাদিত্যগতং তেজো জগদ্ভাসয়তেঽখিলম্।
যচ্চন্দ্রমসি যচ্চাগ্নৌ তত্তেজো বিদ্ধিমামকম্।

(গীতা ৫/ ২)

"জগৎ পুম্নমকপু ঙালহল্লিবা মুমিংকী মঙাল থাগী মঙাল অমসুং মৈগী মঙাল পুম্নমকসিবু ভগবান ঐগী মঙালনি হায়না খঙউ।

মরম অসিদগী উপনিষদতসু অসুম্না হায়রি—"তস্য ভাসা সর্ব্বমিদং বিভাতি" (শ্বেত উ ৬/১৪) —"মহাকী মঙাল্না তাইবং পুম্নমকসি ঙাল্লি।" মরম অসিনা মুমিং থাদ নত্তনা অঙাংবা পো পুম্নমক্তা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্ মখো গী মঙাল ওইনা লৈরিবনি।

প্রণবকী অর্থ ওঁ নি, অদুগা ওঁ সি পরমাত্মাগী ময়েক অমত্ত ওইবা মিংনি। ব্যাকরণগী মতু ইন্না য়েংলবদি ও সি "অব রক্ষনে" ধাতুসিদগী শাবা বাহৈ অমনি। "অবতীতি ওঁ"— "পুম্নমকপু ঙাকশেন্দুনা লৈরিবা অদুবু ও কৌই।" পরমাত্মা মকম পুম্নমক্তা শীনথুনা লৈদুনা পুম্নমকপু ঙাকপি শেনবি, মরম অসিনা পরমাত্মা ও নি। অদুগা "প্র=প্রকর্ষেণ নুয়তে=স্তূয়তে অনেন ইতি প্রণব"—'মদুনা য়াম্না নীংথিনা পরমাত্মাগী স্তুতি তৌবা য়াবা অদুবু প্রণব কৌই। ও অসিনা পরমাত্মাগী য়াম্না নীংথিনা স্তুতি তৌবা য়াই মরম অসিদগী ওঁ অসিবু প্রণব হায়নসু কৌরিবনি। অথর্ব্বাশর উপনিষদতসু অসুম্না হায়রি—"য ওঁকারঃ স প্রণবঃ য. প্রণবঃ স সর্ব্বব্যাপী"—"ওকার অদু প্রণবনি। অদুগা প্রণব অদু মকম পুম্নমক্তা শীনথুনা লৈবনি।" মসিদ মদুনা ওঁকারবু কন্নি মরমদগী প্রণব কৌরিবনো হায়নসিগী মহমদা শিবপুরাণদা অসুম তাক্লি— "প্রকর্ষেণ নয়েদ যস্মান্মোক্ষং বঃ প্রণবং বিদুঃ" (বিদ্যেশ্বরী সংহিতা ১৭।৫)—"ওঁকারসিনা নখোয়বু মোক্ষ নাংথিনা পুদুনা চৎলী মরম অসিনা মসিবু প্রণবনি হায়না খঙউ।" অসিগুম্বা প্রণবসি (ওকারসি) শ্রীভগবানগী মিং (নাম) ওইবা মরমদগী শ্রীভগবান্দগী কন্নিসু থেংনদে। শ্রুতিশিংনসু অসুম্না হায়রি— "ওমিতি ব্রহ্ম" (তৈ উ ১।৮) "ওঁ সি ব্রহ্মনি।" "ওমিত্যেতদক্ষরমিদং সর্ব্বম্" (মা উ ১)— "অমাং-অতা লৈতবা ওঁ হায়বা ময়েকসি উম্নি খঙলিবা পুম্নমকসিনি।" মরম অসিনা শ্রীভগবান শব্দগী (খোজেলগী) মথক ওইবা ওঁ সিগী মশক ওইনা

থাগনচিংবা বেদ পূম্নমক্তা শীনথুংনা তোত্তূনা লৈরিবনি। শ্রুতিনস্ু অস্তুম্না হায়রি—"ওঁকারেণ সর্ব্বাবাক্ সংতৃন্না, ওঁকার এবেদং সর্ব্বম্" (ছা উ ২।২৩।৩'—"ৱাহৈ (খোঙেল) পূম্নমক ওকারনা তোত্তূনা লৈ, পূম্নমকসি ওঁকার অসিমকনি।"

মরম অসিনা শ্রীভগবান মশামক ওঁ শায়না বেদ পূম্নমক্তা তোত্তূনা লৈ হায়বসি তাক্লিবনি। মতৌ অস্তুম্না মীওইবনচি বা থবায় পাননা পূম্নমকস্তু শ্রীভগবান মখোয়গী মথৌনা ওইনা তোত্তূনা লৈরিবনি। শ্রীভগবানগী মশক ওইবা থৌনাহু লৈত্রবদি কনামত্ত সংসারসিদা হিংত্নুনা লৈবা ঙমদে ।৮।

পুণ্যো গন্ধঃ পৃথিব্যাঞ্চ তেজশ্চাস্মি বিভাবসৌ।
জীবনং সর্ব্বভূতেষু তপশ্চাস্মি তপস্বিষু ॥৯॥

**অন্বয ব্যাখ্যা**ঃ— পৃথিব্যাং=পৃথিবীদা (লৈপাক্তা), পুণ্য গন্ধ অস্মি=অশেংবা মনম ওইনা (গন্ধ তন্মাত্র ওইনা) কৃষ্ণ ঐ লৈ বিভাবসৌ চ=অহুগা মৈদা তেজ অস্মি=অশেংবা মৈচাক ওইনা (রূপতন্মাত্র ওইনা) ঐ লৈ সর্ব্বভূতেষু=থবায় পাননা পূম্নমক্তা জীবনং (অস্মি)= পুন্সি ওইনা ঐ লৈ তপস্বিষু চ=অহুগা তপ তৌহুনা লৈবা মী শিংদা, তপ অস্মি=তপ ওইনা (চারাহেনবনচিংবগী মশক ওইবা অথাঙকনবা ওইনা) ঐ লৈ ॥৯॥

**অপুনবা অর্থ** —পৃথিবীদা অশেংবা মনম গন্ধতন্মাত্র ওইনা কৃষ্ণ ঐ লৈ, মৈদা মৈচাক ওইনা (রূপতন্মাত্র ওইনা) ঐ লৈ, থবায়পাননা পূম্নমক্তা মখোয়গী পুন্সি ওইনা ঐ লৈ, অহুগা তপস্বিশিংদা মখোয়গী তপ ওইনা ঐ লৈ ॥৯॥

**অথূপ্পা বা**

পৃথিবীগী (লৈপাক্কী) মননদা (গন্ধদা) 'অশেংবা (পুণ্য) বিশেষণ পীরিবসি অতোপ্পা ঈশিংনচিংবদা লৈবা রসতন্মাত্রনচিংবদগু লোগদবনি। মরমদি পৃথিবীতদা অশেংবা গন্ধতন্মাত্র লৈ, ঈশিংনচিংবদদি শেংদবা রসতন্মাত্রনচিংবা লৈ হায়বা য়াদে। পৃথিবীনচিংবদা শেংদবা ফত্তবা মনম মহাওনচিংবা থঙলিবসিদি অতোপ্পা য়ামশিনবদগীনি, মহু মখোয়গী অশেংবা মশক নত্তে। মরম অসিনা মখোয়দা লৈরিবা অশেংবা মনম নচিংবা অহু শ্রীভগবান্গী মশকনি ফত্তবা মনম নচিংবদি মশক নত্তে। অহুগা থবায়পাননা পূম্নমকী পুন্সি (হিংত্নুনা লৈননা শক্তি) অসিসু শ্রীভগবানমকনি, মঙোন্দগী অতোপ্পা অমা নত্তে। মসিদা কনাগুম্বনা প্রাণবু (থবায়বু) পুন্সিনি হায়না চিংনবা য়াই, মরমদি থবায় লৈনবদি পুন্সি লৈ, অহুগা থবায় লৈত্রবদি পুন্সি লৈতে (হিংত্নুনা লৈতে)। অহবু অস্তুম্না চিংনবসি চুমদে, মসিগী মরমদি থবায় (প্রাণ) অসি হকচাং মপুংদা চত্তূনা লৈবা মুংশিং অমনি, মহাক মহাক্তি পুন্সিহু নত্তে, মুপ্পা পুন্সি লৈ লৈতে থঙনবা সাধন (উপায়) অমনি। মরম অসিনা উপনিষৎনা অস্তুম্না হায়রি—"ন প্রাণেন নাপানেন

মর্ত্ত্যো জীবতি কশ্চন। ইতরেণ তু জীবন্তি যস্মিন্নেতাবুপাশ্রিতৌ॥" ( কঠ উ ২৷৫৷৫ )—
কনাগুম্বা মী অমত্ত প্রাণ অমসু, অপান কৌবা নুংশিংবা হি হুনা লৈবা নত্তে হায়বদি মখোয় অনীসি
পুন্সি ওইহনা লৈবা নত্তে তৌইগুম্বসু, মখোয় অনীসিদগী অতে প্লা চেতন শক্তিনা থরায়পানবা
পুন্নমক হিংহনা লৈবনি ( চেতন শক্তি অসি থরায়পানবা পুন্নমক্কী পুন্সি ওইহনা লৈবনি )
অহুগা প্রাণ অমসু, অপান অনী অসিদি মঙোন্দা ( চেতন শক্তিহুদা ) চঙজহনা লৈরিবনি।
"প্রাণস্য প্রাণ." ( কেন উ ১৷২ )—"মহাক (চেতন শক্তি) থরায়গীসু থরায়নি। মরম অসিদগী
ঐতরেয় উপনিষত্তা নোংশেন্নবা মতুংগী রাবু লোহনা অসুম্না হায়রি—

স ঈক্ষত কথং বিদং মদৃতে স্যাদিতি।
স এতমেব সীমানং বিদার্যৈতয়া দ্বারা প্রাপদ্যত॥
[ ঐ উ ১।৩।১১, ১২ ]

"পরমাত্মানা অসুম্না খল্লী— ঐনা শেন্নিবা তাংবগুসি ঐ যাংদনা কর ? লৈবা ঙমগনি।
(অসুম্না খল্লগা) মহাক লন্নাই লেমফূসিবু থুগাইরগা মহনা লম্বী ওইহনা ঙকচা সিদা চঙখি।

মরম অসিনা শ্রীভগবান মশামক থরায়পানবা পুন্নমক্কী পুন্সিনি মাক লৈবদগী হিংহনা
লৈবনি। মতৌ অহুম্না তপস্বীশিংগী মনুংদা লৈবা অখাঙ্ নবনী মশক ওইবা তপ অহুসু শ্রীভগবনগী
মশক ওইবা শক্তিনি, শক্তিহুনা তোঙ্নানা তপস্বীশিং লৈরিবনি ॥ ৯ ॥

মরু ওইবা মচাকশী (উপাদানদগী) থবক পুন্নমকসি পোক্লকপা ভাক্তনি অহুগা পোকইবা
থবক অহুদা মরু ওইবা মচাক অহু তোংশিন তিনশিন্দুনা লৈ হায়বসিদি মযেকনি, অহুবু কৃষ্ণ
নহাক্তি পৃথিবীনাচংবা করিগুম্বা থবক অমত্তগীসু মরু ওইবা মচাক নত্তে মরম অসিনা নহাক
মখোয়দা কর ? তো শিন তিনশিন্দুনা লৈগনি হায়না চিংনরবদা মহুগী পাউখুম অসুম্না পীরি—

বীজং মাং সর্ব্বভূতানাং বিদ্ধি পার্থ সনাতনম্।
বুদ্ধির্বুদ্ধিমতামস্মি তেজস্তেজস্বিনামহম্ ॥ ১ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — পার্থ = পৃথা কুন্তীগী মচা হে অর্জুন! মাং = কৃষ্ণ ঐবু সর্ব্বভূতানাং =
অচং চত্ত তাইবঙ পুন্নমক্কী সনাতনং = অহানবদগী হৌনা লেঙদনা লৈবা বীজং বিদ্ধি = মরু ওইবা
মচাকনি অসুম্না খঙউ, অহুগা—অহং = কৃষ্ণ ঐসি, বুদ্ধি মতাং = অফ-ফত্ত খঙবগী মশক ওইবা
বুদ্ধি লৈবা মী শিংগী, বুদ্ধি অস্মি = বুদ্ধিহুনি, তেজস্বিনাং = মতীক ময়াই লৈবা মী শিংগী, তেজ অস্মি
= তৌবা ঙম্বা মতীক ময়াই অহু ঐনি। ১ ।

অপুনবা অর্থ — হে পার্থ ( অর্জুন )! কৃষ্ণ ঐবু অচ চত্ত তাইবঙ পুন্নমক্কী অহানবদগী হৌনা
লেঙদনা লৈবা মরু ওইবা মচাকনি হায়না খঙউ অহুগা কৃষ্ণ এসে অফ-ফত্ত খঙবগী মশক
ওইবা বুদ্ধি লৈবশিংগী বুদ্ধি অমসু, মতীক ময়াই লৈবশিংগী তৌবা ঙম্বা মতীক-ময়াই অহুসু
ঐনি। ১ ।

## অথুপ্পা বা

শ্লোক অসিদা শ্রীভগবান্না মশাবু অচৎ চম্ভ তাইবঙ পুম্নমকসিগী সনাতন ওইবা বীজনি (অহানবদগী হৌনা লেঙদনা লৈবা মরু ওইবা মচাকনি) হায়না তাক্লি। মসিদা য়াম্না শুপ্পা বা কয়ামুক লৈ। ফৌ পাম্বীগী মরু ওইবা মচাক ফৌনি মহাক লেঙদনা লৈতে, মাগী হান্নগী মওঙ থাদোক্তুনা মতুদগীময়োল চো৲থোকখিহ্নবা ফৌ পাম্বী ওইরকপনি। মসি মরু ওইবা মচাক পুম্নমক্কী ফীবমনি। অঃবু মতম অসিদদি শ্রীভগবান্না মশাবু হান্নদগী হৌনা লেঙদনা লৈবা মরু ওইবা মচাকনি হায়রি। মসি ঐখোয়না উরি শঙলিবা মচাক্কী মতৌগুম্না য়ে৲লবদি ওইথোক্কবা অমা ওইনা থোকই। মরম অসিনা তাইবঙ পুম্নমকসি শ্রীভগবান্ মরু ওইবা মচাকনি হায়রিবসিবু শেন্নান্না শঙবা লিনগী মচাক ওইনা লৈবা থৌরী মকক্কী মতৌগুম্না শঙগদবনি। মশক ওম্থোক্কনা লেঙদনা লৈরবস্থু থৌবী মকক শেন্নান্না উরিবা লিনগী মচাক ওই অমস্থ৲ লিন অত্তদা তোংশিন্না অমত্ত ওইনা লৈবগুম তৌই। অশে৲বমক্তি থৌবী মকক্তা লিন উবনি, লিন দা থৌরী মকক লৈতে অমস্থ চঙদে মাদি মতম অহুম্মক্তা লিনগা শম্নদনা লেঙদনা লৈবনি। মতৌ অহুম্না লৈশেমদ্রিঙৈগী মমাঙদা অহানবদগী হৌনা শ্রীভগবান লেঙদনা লৈবিবনি, লিনগী মতৌগুম্না মঙোন্দা তাইবঙ উবদনি তাইবঙগা লোয়ননা মহাক করিমত্ত শম্নদে মহাকপু শেম্ব শাবা অতোপ্পা মচাক অমস্থ লৈতে মথাক্তি মতম পুম্নমক্তা অমাঙ অশা লৈতনা লেঙদনা লৈবনি। মরম অসিনা শ্রুতিনা হায়রি—

স কারণং করণাধিপাধিপো
ন চাস্য কশ্চিজ্জনিতা ন চাধিপ ।
(শ্বেত উ ৬।৯)

"মহাক (পরমাত্মা) তাইবঙ পুম্নমকসিগী কারণনি (মরমনি) ইন্দ্রিযশিংগী মপু ওইত্নুনা লৈরিবা জীবশিংগী মপুনি মাবু পোকপা কনাস্থ লৈতে (মহাক নিত্যনি) অদুগা মাগী মথক্তা মপু ওইত্নুনস্থ কনা অমত্ত লেতে।"

মরম অসিনা পরমাত্মা তাইবঙসিগী চঙজফম (আশ্রয়) ওইনা মরু ওইবনি ফৌ পাম্বীগী মরু ফৌগুম্ব, নত্তে মাদি শেন্নান্না উবা লিমগী চঙজফম ওইনা লৈবা থৌরীমকক্কী মতৌগুম্বা মশক ওম্থোক্কনা লেঙদনা লৈরিবনি, সুপ্না মাগী শক্তি ওইবী মায়া অহুতা তাইবঙ ওইনা মশক থোক্নোকপনি। মতৌ অস্থুম্না মহাক নত্তবা অতোপ্পা পোৎ অমত্ত লৈতবা মরমদগী মঙোন্দা চঙজহুনা উরিবা তাইবঙসিদা মহাক তোংশিন্না অমত্ত ওইনা লৈবগুম তৌবনি, অশে৲বমক্তি মহাক তাইবঙসিগা লোয়ননা মতম অহুম্মক্তা শম্নদে, সুপ্না মায়ানা (মরম ওইহুনা) মঙোন্দা উবনি। শ্রুতিনস্থ অস্থুম্না হায়রি— "আত্মা বা ইদমেক এবাগ্র আসীৎ, নান্যৎ কিঞ্চন মিষৎ। স ঈক্ষত লোকান্নু সৃজা ইতি। স ইমাল্লোকানসৃজত।" (ঐত উ ১।১ ২)— "অহানবদা (লৈশেম দ্রিঙৈগী মমাঙদা) লেঙলি-পাল্লিবা তাইবঙ পুম্নমকসি সুপ্না অমত্ত ওইবা আত্মা (পরমাত্মা)

ওইনা লৈরম্মী। আত্মাদগী অতোপ্পা করিমত্তম্ লৈরমদে। মানা (পরমাত্মানা) থল্লী— (জীবশিংনা অহানবা লৈশেমদা তৌখিবা মহৈ চা নবগীদমক) ঐনা পৃথিবীনচিংবা লোকশিংবু শেমগে। (অস্তুম্না থন্দুনা) মহাক্না লোকশিংবু শেম্লম্মী (মশামক্তা মায়ানা মরম ওইগনা ফোঙদোকহল্লম্মী)। মরম অসিদগী শ্রীভগবান্না বুদ্ধিনচিংবা পুম্নমকসি মহাকমকনি, মঙোন্দগী অতোপ্পা নত্তে হায়না তাক্লিবনি ॥ ১ ॥

বলং বলবতাঞ্চাহং কামরাগবিবর্জ্জিতম্।

ধর্ম্মাবিরুদ্ধো ভূতেষু কামোঽস্মি ভরতর্ষভ ॥ ১১ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— ভরতর্ষভ—ভারত শাগৈগী অথোইবা হে অর্জুন। বলবতা—পাঙ্গল কনবশিংগী, কামরাগবিবর্জ্জিতং—ফ দববু ফংনবা নীংবগী মশক ওইবা কাম অমসুং অফংবদা য়াম্না পামশিন্দুনা পুক্নীং চঙবগী মশক ওইবা রাগ অনীসি য়াওদবা, বলং=সৃপা হকচাং ঙাক্লবা পাঙ্গল অহং, অহং অস্মি—কৃষ্ণ ঐনি চ—অদুগা ভূতেষু=থবাযপানবশিংদা ধর্ম্মাবিরুদ্ধ—শাস্ত্রনা তাকপা ধর্ম্মশিং কায়দনা চংপা কাম=নুপী নহা লল থুমনচিংবগী অপাম্বা অহুসু অস্মি=ঐনি। ১১।

অপূনবা অর্থ — ভারত শাগৈগী অথোইবা হে অর্জুন! পাঙ্গল লৈবশি গী ফ দববু ফংনবা নীংবগী মশক ওইবা কাম অমসুং অফংবদা যাম্না পামশিন্দুনা পুক্নীং চঙবগী মশক ওইবা রাগ অনীসি য়াওদবা সৃপ্না হকচাং ঙাক্লবা পাঙ্গল অহং কৃষ্ণ ঐনি, অদুগা থবায় পানবশিংদা ধর্ম্ম কায়দনা লৈরিবা নুপী নহানচিংবগী অপাম্বা অহুসু ঐনি। ১।

অথূপ্পা বা

সংসারসিদা থবায় পান্দুনা লৈরিবা পুম্নমক্না মশাদা মপাঙ্গল লৈরবত্তদা তৌবীংবা থবক তৌরিবনি, পাঙ্গল লৈত্রবদি কনা অমত্তসু করিগুম্বা থবক অমত্ত তৌবা ঙমদে। অদুবু মখোয়গী মপাঙ্গলশিং অদু সাত্ত্বিক, রাজসিক অমসুং তামসিক হায়না অহুমথোক্না খায়রি। মদুদা সত্ত্বগুণদগী পোকপা পাঙ্গল সাত্ত্বিকনি, রজোগুণদগী পোকপা পাঙ্গল রাজসিকনি অমসুং তমোগুণদগী পোকপা পাঙ্গল তামসিকনি। সত্ত্বগুণদগী পোকপা পাঙ্গলনা মরম ওইদুনা মীনা অফবা থবক তৌরগা মদুদগী অফবা মহৈ কংদুনা শ্রীভগবান ফাওবদুসু ফংবা ঙম্মী, মদুদা কাম অমসুং রাগ য়াওদে। অদুগা রাজসিক অমসুং তামসিক পাঙ্গলনা মরম ওইদুনা মীনা থবক তৌরবদি মদুদগী মথল্ মথ্না অয়াম্না ফত্তবা মহৈ কংদুনা শ্রীভগবান্দগী য়াম্না লাপ্না লৈ, মদুদা কাম অমসুং রাগ অনীসিসু য়াম্না চঙথোক্না শোয়দনা লৈ। অনীসি লৈরবদা অফবা লম্বীদা চত্তুনা য়াইফবা ফংগনি থনবসি অরেম্বনি, মদু ওইথোক্তবা য়ানি। মরম অসিনা শ্রীভগবান্না অহানবদা হায়খ্রে— "পাপ্মানং প্রজহি হ্যেনং জ্ঞানবিজ্ঞাননাশনম্" (৩।৪১)— "জ্ঞান অমসুং বিজ্ঞানবু

মাঙহল্লিবা পাপী কাম অসিবু হাৎলু।" "জহি শত্রুং মহাবাহো কামরূপং দুরাসদম্।" (৩।৪৩) "হে পাম্বোম চাউবা! লাকশুমজরবা কামগী মশক ওইবা য়েক্লবসিবু হাত্তোকউ।" অহুগা রাগ অসিদি কামগী ফাইবোক ওইবা মনাওনি মহাক মতম পুম্নমক্তা কামগা লোয়নবা লৈরিবনি কাম লৈরবদি রাগ লৈবা শোবদবনি অহুগা শ্রীভগবান্দি মতম পুম্নমক্তা সত্ত্বগুণদা লৈরিবনি। মরম অসিনা কাম অমসুং রাগ য়াওদবা সত্ত্বগুণদগী ওইবা অমসু থরাংপানবশিংদা লৈবা পাঙ্গলবু শ্রীভগবানগী মশকনি তাকপনি। অহুবু শ্রুতিনদি— "কামময় এবায়ং পুরুষ (বৃ উ ৪।৪।৫) —'জীবাত্মা অসি কামগী মশকনি অস্নুম্না হায়রি। যীবনসিদা কাম অমসুং রাগ য়াওদবা পাঙ্গল থরায়পানবদা করম্না ওইবা য়াগনি নায়না চিংনরবদা শ্রীভগবান্না— 'ধর্ম্ম কায়দবা কাম মাগী মশকনি অস্নুম্না তারিবনি। ধর্ম্ম কায়দবা কাম মতম পুম্নমক্তা সাত্ত্বিক ওই, সাত্ত্বিক কামদগী করিগুম্বা ফত্তবা অমত্ত ওইদে মহুদগী অফবা লম্বীদা চত্তুনা মীমা থুায়দগী অথোইবা য়াইফবা ফংবা ঙম্মী ॥ ১১ ॥

"মত্ত পরতর ন্যান্য" (৭।৭) মসিদগী হৌহুনা "কামোঽস্মি ভবতর্ষভ" (৭।১১) অসি যাওবদা অমমম ওইনা লোরগা হাযখিবহুবু লোইশিন্দুনা হৌজিক পুম্না অস্নুম্না হায়রি—

যে চৈব সাত্ত্বিকা ভাবা রাজসাস্তামসাশ্চ যে।
মত্ত এবেতি তান্বিদ্ধি ন ত্বহং তেষু তে ময়ি ॥ ১২ ॥

অন্বয় ব্যখ্যা — চ=অহুগা যে এব সাত্ত্বিকা ভাবা —সত্ত্বগুণদগী পোকপমক্তা ওইবা পোৎশিং, রাজসা —রজোগুণদগী ওইরকপা পোৎশিং যে চ তামসা —অমসুং তমোগুণদগী ওইরকপা পো শিং, তান—মখোয় পুম্নমক অসিবু মত্ত এব ইতি—কৃষ্ণ ঐঙোনমক্তদগী পোকপা ঙাক্তনি হায়না বিদ্ধি=নঙনা (অর্জুনা) খঙউ (নত্রগা—যে চ সাত্ত্বিকা এব ভাবা — পুক্নীংদা সত্ত্ব গুণমক্তগী ওইরিবা শম দমনচিংবগী রাখল, রাজসা =চাউথোকপা নাপন্নচিংবগী রাখল যে চ তামসা —অরাবা, শুক্নৎপনচিংবগী রাখল, তান—মখোয় পুম্নমকসিবু, মত্ত এব ইতি বিদ্ধি— এঙোনমক্তদগীনি হায়না খঙউ) তু=অহুবু, তেষু—মখোয়দা, অহং ন—কৃষ্ণ ঐ লৈতে হায়বদি মখোয়গী মখা পোন্দুনা লৈতে, তে—মখোয় ময়ি=কৃষ্ণ ঐঙোন্দা চঙজহুনা (তুংজহুনা) লৈ হায়বদি মখোয় ঈখা পোম্না লৈ ॥ ১২ ॥

অপূনবা অর্থ °— সত্ত্বগুণ, রজোগুণ অমসু তমোগুণ অহুমসিদগী ওইরকপা পোৎ পুম্নমকসিবু কৃষ্ণ ঐঙোনমক্তদগী পোক্লকপশিংনি খঙউ, অহুগা কৃষ্ণ ঐ মখোয়গী মখা পোন্দুনা লৈতে, মখোয় ঐগী ঈখা পোন্দুনা লৈ। ১২।

## অথুপ্পা বা

শ্লোক অসিদা লাকইবা "ভাবা" রাহৈ অসিগী মফম অসিদা মতাংগী মতুং ইম্না অনীথোক্লা অর্থ তৌবা য়াই মহুদি মনগী (পুক্নীংগী) ভাবনা অমসুং চঙদবা (অচেতন) পোৎশিং।

মরমদি মন্তা, অসিদা "বুদ্ধির্বুদ্ধিমতাস্মি" (৭।১০), "কামোস্মি ভবতর্ষভ" (৭।১১) অসুম্না শ্রীভগবান্না মথক্তা হায়খিবা অসিগী মরী লৈনবা মনগী সাত্ত্বিকী ভাবনা, রাজসী ভাবনা অমসুং তামসী ভাবনা ওইনা লৌবা য়াই। মহৃদা ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশিন্নবা পুক্নীংবু কাজিন্নবা রাখল তৌবনচিংবা পুক্নীংগী মওংশি সি সাত্ত্বিকী ভাবনানি, অতোপ্পগী মকমদা উশিং থোওইদবগী রাখল নপল চাউথোকপগী রাখল অসিনচিংবা পুক্নীংগী মওংশি সি রাজসী ভাবনানি অহুগা পুক্নী শুমহৎখিহুনা তৌকম খঙদবগী রাখল অতনবগী রাখল অসিনচিংবা পুক্নীংগী মওংশি সি তামসী ভাবনানি। অহুগা মত্ত পরতরং নান্যৎ ময়ি সর্ব্বমিদং প্রোতম" (৭।৭) অসুম্না হায়খিবহুগী মতুং ইন্না ভাবা ' রাইহৈসিগী অর্থ—'লৈরিবা চঙদবা (অচেতন ওইবা পোৎশি অসিবুসু লৌবা য়াই। মতো অসুম্না সত্ত্ব রজ অমসুং তম গুণ অহুমসিদগী ওইরকপা পো পুম্নমকসিসু সূপ্না শ্রীভগবান্দগী ওইরকপা (পোক্লকপা) ডাক্তনি মতোন্দগী অতোপ্পা অমা নত্তে। মরমদি শ্রীভগবানগী শক্তি ওইবী অমসুং সত্ত্ব রজ অমসু তম গুণ অহুমসিনা তিনবী মায়া (প্রকৃতি) অসিদগী পোক্লকপা ডাক্তা ওইবদগী অহুগা শক্তি ওইবী মায়া শ্রীভগবান্দগী অতো। নত্তবদগী পোৎ পুম্নমকসিসু শ্রীভগবান্দগী অতোপ্পা অমত্ত নত্তে। অহুম্নাদ ওইরবদা শ্রীভগবান পোৎশিং অহুদা লৈতে অমসুং জীবাংগী মতোগুম্না মখোংগী মখা পোন্দ পো শিং ম মতোন্দা (শ্রীভগবান্দা) তুংনকম ওইনা চঙজহুনা থোরী ফক্তা শিনগী মতোগুম্না লৈবদনি। এবন অসিনা অসুম্না হায়রি—

> রজ্জুর্যথা ভ্রান্তদৃষ্ট্যা সর্পরূপা প্রকাশতে।
> আত্মা তথা মূঢ়দৃষ্ট্যা জগদ্রূপ প্রকাশতে॥
> (বে সি মুক্তাবলি)

"শেরান্নবা য়েংবদগী (খঙবদগী) থোরী মকক্তা লিল উবগুম্না অজ্ঞান ওইবা বুদ্ধিগী ম ... ম্না আত্মা অসিসু জগ কী মওং ওইনা উই।"

অহুবু ব্যবহারদা ময়াম শইনা উরবসু অশেংবা ফীবমদা আত্মা নত্তবা অতোপ্পা পো লেতে। শ্রুতিনসু অসুম্না হায়রি—

> উপাদানং প্রপঞ্চস্য ব্রহ্মণোঽন্যন্ন বিদ্যতে।
> তস্মাৎ সর্ব্বপ্রপঞ্চোঽয়ং ব্রহ্মৈবাস্তি ন চেতরৎ॥
> সুবর্ণাজ্জায়মানস্য সুবর্ণত্বং চ শাশ্বতম্।
> ব্রহ্মণো জায়মানস্য ব্রহ্মত্বং চ তথা ভবেৎ॥ (য়ো শি উ ৪।৩,৭)

"শব্দোক্তা লৈরিবা তাইবঙ অসিগী মচাক ব্রহ্মদগী অতোপ্পা অমা লৈতে। মরম অসিনা তাইবঙ পুম্নমকসি ব্রহ্মমক্তি, অতোপ্পা নত্তে। সনানা শাবা পোৎ মতম পুম্নমক্তা সনা ওইনা লৈ। মতো অহুম্না ব্রহ্মনা শাবা পোৎসু মতম পুম্নমক্তা ব্রহ্ম ওইনা লৈগনি।" ।১২।

তাইবঙ পুম্নমকসি নহাকী শক্তমনি হায়বদি নশকনি মকম পুম্নমক্তা নহাক শীনথুংবা নৈ, নঙোন্দা তুংনকম ওইনা চঙজনুনা পোৎ পুম্নমক নৈ, নঙোন্দগী অতোপ্পা অমা নৈতে হায়বিনি। অদুম্না ওইরবদি মীনা নহাকপ তাইবঙসিদা উবা অমসুং খঙবা ঙমগনি অদুবু অম্মুম্না উন্নি-খঙন্নিবসি কনি মরমদগীনো হায়না হংলবদা মহুগী পাউখুম অম্মুম্না পীরি—

ত্রিভিগু´ণময়ৈর্ভাবৈরেভিঃ সর্ব্বমিদং জগৎ।
মোহিতং নাভিজানাতি মামেভ্যঃ পরমব্যয়ম্॥ ১৩॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**—গুণময়ৈঃ—সত্ত্ব রজ অমসুং তম গুণ অহুম অসিদগী ওইরকপা, ত্রিভিঃ—মখল অহুমগী (সাত্ত্বিক রাজসিক অমসুং তামসিক মখল অহুমগী) এভিঃ ভাবৈঃ—মথক্তা হায়খিবা পোৎশিং অসিনা মোহিতং=শুক্কত্তুংবা থম্লিবা ইদং সর্ব্বং জগৎ=থবায়পানবা পুম্নমকসিনা, এভ্যঃ—মখোয়শিংসিদগী (পোৎশি সিদগী) পরং—তোপ্পা তোপ্পা নৈরবা (মখোয়গী চঙজকম ওইরিবা), অব্যয়ং—অমাঙ-অতা নৈত্রবা, মাং—কৃষ্ণ ঐবু, ন অভিজানাতি=নীংখিনা খঙদে॥ ১৩॥

**অপুনবা অর্থ ঃ**—সত্ত্ব, রজ অমসুং তম গুণ অহুম অসিদগী ওইরকপা মখল অহুমগী মথক্তা হায়খিবা পোৎশিং অসিনা শুক্কত্তুংনা থম্লিবা থবায়পানবা পুম্নমকসিনা পোৎশিং দুগী চঙজকম (অধিষ্ঠান) ওইনা মখোয়দগী তোপ্পা নৈরিবা কৃষ্ণ ঐবু নীংখিনা খঙদে॥ ১৩॥

## অথুপ্পা বা

শেরাম্না উরিবা করিগুম্বা পোৎ অমগী চঙজকম (উকম) ওইনা লৈরিবা পোৎ অদুবু অধিষ্ঠান কৌই। অধিষ্ঠান য়াওদনা (উকম লৈতনা) করিগুম্বা পোৎ অমত্ত শেরাম্না উবা য়াদে। অধিষ্ঠান (উকম) ওইরিবা পোৎ অহুমক্তবু তশেংনা মশক খঙদবদগী অতোপ্পা পোৎ অমা ওইনা শেরাম্না উরিবনি। অদুগা শেরাম্না উরিবহুদি অধিষ্ঠানগী মশক খঙদবদগীনি, মহুবু অধিষ্ঠানগী অজ্ঞান কৌই। শেরাম্না উবা মতমদা অধিষ্ঠান অদু (উকম ওইবা পোৎ অদু) লুপ্পা লৈ হায়বসিদা খঙই, অশেংবা মশক্তি খঙদে। অধিষ্ঠানগী মশক খঙলবদি মহুদা কদৌঙৈদসু শেরাম্না উবা য়াদে। মাওদা উরিবা পোৎ অদুবু থৌরী মকক্তি হায়না খঙলবদি মহুদা কদৌঙৈদসু লিল উবা য়াদে অদুগা মশক খঙদনা মহাক লৈ হায়দুনা খঙলবদি মহুদা লিল উবা য়াই। মরম অসিনা থৌরী মকক্তা লিল উবগী মরম থৌরী মককী অজ্ঞান নী। অজ্ঞানদা হৌনশা ওইবা আবরণশক্তি (করিগুম্বা পোৎ অমবু মশক খঙহন্দনা কুপ্তুংনা থম্নবা শক্তি) অমসুং বিক্ষেপশক্তি (করিগুম্বা পোৎ অমবু মওঙ মতৌ পীদুনা শাগৎনবা শক্তি) কৌবা শক্তি অনীথক লৈ। মহুদা অজ্ঞানগী অবরণশক্তিদগী থৌরী মকক কুপ্তুংনা লৈবদগী মহুগী অশেংবা মশক খঙদবা মরম্না মাওদা পোৎ অমা লৈ হায়বসিদা খঙই। মতৌ অম্মুম্না

থংউইবা পোৎ "অদুগী শাংবা-চাউবনচিংবা অদু লিমগা মামবা মথমদগী" লিমগী সংস্কারন (লিমগী পুক্নীংদা লৈবা অকুপ্পা মথিল) মথম ওইদুনা অজ্ঞানদা লৈরিবা বিক্ষেপশক্তি অদুন লিল শাগত্তুনা উংলি। মতৌ অসুম্না অজ্ঞানগী সত্ত্ব, রজ অমসুং তম গুণ অহুমসিন শেৱান্না উংলিবা লিল অদু থৌরী মকক্তগী তোপ্পা মতম অঙুপ্পক্তা। লৈত্রবসু মথুমা শুমহত্তুন উরিবা মীদুগী পুক্নী দা অকিবনচি বা পোকই অমসুং মানা লিল অদু নত্তনা থৌরী মকক উাদ মসিগী মতৌগুম্না সত্ত্ব, রজ অমসুং তম গুণ অহুমগী মশক ওইবী মাযাসিনা মাগী আবরণশক্তি অমসুং বিক্ষেপশক্তি অনীসিগী পাম্বৈদগী পূম্নমকী চওজফম (অধিষ্ঠান) ওইনা লৈরিবা সাক্ষাৎ পরমাত্মা শ্রীকৃষ্ণগী অশেংবা মশকপু কুপ্তুনা থম্নগা মহুদা অচং চত্ত তাইবঙ পূম্নমকসিবু উংলিবনি। থৌরী মকক্তা উরিবা লিল, মহুদগী (থৌরী মকক্তুদগী) অতোপ্পা নত্তবগুম্না অধিষ্ঠান ওইনা লৈরিব পরমাত্মাদগী তাইবঙসিসু অতোপ্পা অমা নত্তে, অদুবু অজ্ঞানগী আবরণশক্তিনা থৌরী মকব কুপ্তুনা লৈবদগী মাগী মশক থংদবগুম্না মায়াগী আবরণশক্তিনা কুপ্তনা লৈবদগী সংসা সমুদ্রদা লুপ্তুনা লৈবা জীবশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী অশেংবা মশক অদুবু থংবা ঙমদে অদুগা মাযাগী বিক্ষেপশক্তিনা শাত্নুনা উরিবা সংসারসিদা শুমহত্তুনা জীব পূম্নমক লৈ। মরম অসিনা কৃষ্ণো পনিষত্তা অসুম্না হায়রি—"মায়যা মোহিতং জগৎ" (কৃ উ ১ )—"মায়ানা জগৎ শুমহৎলিবনি পূরাণদসু অসুম্না হায়রি—

মাশ্চ মোহার্থবচনো যাশ্চ প্রাপণবচনং।
তৎ প্রাপযতি যা নিত্যং সা মাযা পরিকীর্ত্তিতা॥

(ব্র বৈ কৃষ্ণজন্ম খণ্ড অ ২১)

"মাযা" হায়বা ৱহৈসিগী মনুংদা লৈবা মযেক "মা" গী অর্থ শুমহৎপনি অদুগা "যা" গী অর্থদি ফংহনবনি। মরম অসিদগী শুমহৎপা ফংহল্লিবা পোৎ অদুবু "মাযা" কৌই।

অসিগুম্বা গুণ অহুম্না তিনুম্না লৈবা মায়া অলিনা মরম ওইদুনা জীবনা মশাগী মশক ওইবা পরমাত্মা শ্রীকৃষ্ণগী অশেংবা শক্তম অদুবু থংদ্রবনি, অশেংবমক্তি থৌরী মকক নত্তনা লিল লৈত্তবগুম্না অধিষ্ঠান ওইনা লেঙদনা লৈরিবা শ্রীকৃষ্ণ নত্তনা জগৎ অমসুং জীব পূম্নমতে ।১৩।

গুণ অহুম্না তিনবী মায়াসিনা জীব পূম্নমকপু শুমহত্তুনা "মমবদি আদি (মায়াদি) মাঙ লোইদৌবা মরম্না জীবনা করম তৌনা মাবু লাম্বোক্তুনা মোক্ষ ফংবা। শ্রীভগবাননা হায়রা চিংনয়বদা মাবু লান্থোকপগি "ওইথোক্তবগুম্না থোক্লবগু কৃষ্ণ এথোম্না চঙজরক্লবা বীদা অন্থোকপা" শুমই হায়বসি অসুম্না অতাক্লি—

দৈবী হ্যেষা গুণমযী মম মায়া দুরত্যয়া।
মামেব যে প্রপদ্যন্তে মাযামেতাং তরন্তি তে। ১৪॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— গুণময়ী—সত্ব, রজ, অমসুং তম গুণ অহুমগী মশক ওইবী দৈবী—জ্ঞানগী মশক ওইবা মরমনা মরম পূম্নমক্তা ডান্দুনা লৈবা (দেব) ঐডোন্দা (কৃষ্ণদা) চঙজহনা লৈবী মম এষা মায়া—কৃষ্ণ ঐগী মায়া শক্তিসি, হি—লেপ্নমক, দুরত্যয়া—লানঙমদবা। অমা ওইনা খোকই অহুমক ওইহনবসু—যে=মীশিং অহুনা মাং এব—কৃষ্ণ ঐমক্তদা প্রপদ্যন্তে=চঙজহনা লৈ তে=অহুগুম্বা মখোয়না এতাং মায়াং—লানঙমদবা অসিগুম্বা মায়াসিবু, তরন্তি—লান্থোকই ॥ ১৪ ॥

অপূনবা অর্থ •— গুণ অহুমগী মশক ওইবী অহুগা জ্ঞানগী মশক ওইহনা মতম পূম্নমক্তা ডান্দুনা লৈবা কৃষ্ণ ঐডোন্দা চঙজহনা লৈবী মায়া শক্তিসি লেপ্নমক লানঙমদবা অমা ওই, অহুবু অতোপ্পা পূম্নমকপু থাদোক্লগা কৃষ্ণ ঐমক্তদা চঙজহনা লৈবা মী শিংনদি মায়াসিবু লান্থোকই ॥ ১৪ ॥

## অপূপ্পা বা

শ্লোক অসিদা "মম মাযা" ঐগী মাযা অস্থুম্না হায়দূনা শ্রীভগবান্না তাক্লিবা মায়াসি অচম্বা রাক্ষসী মাযা (হিংচাবনা তৌবা মায়া) অমসুং মানবী মাযা—মীনা তৌবা মায়া নত্তে, মসি তাইবঙ পূম্নমক্কী মরু ওইনা প্রকৃতি (মচাক) ওইবী দৈবী মায়ানি (জ্ঞানগী মশক ওইবা মরম্না মতম পূম্নমক্তা ডান্দুনা লৈবা দেবদা চঙজহনা লৈবা মায়ানি)। মসিবু শ্রুতিনসু অস্থুম্না হায়রি—"মাযান্তু প্রকৃতিং বিদ্যান্মাযিন্তু মহেশ্বরম্" (শ্বেত উ ৪/৯)—"মাযাবু সত্ত্ব রজ অমসুং তম গুণ অহুমগী মশক ওইবী প্রকৃতিনি খঙউ অহুগা ভগবান মহেশ্বরবু মাযাহুগী চঙজফম ওইনা লৈবা মায়াবীনি খঙউ।" মরম অসিনা মায়াসিনা মরম ওইহনা মীওইবগী মতৌগুম লৈরিবা শ্রীভগবান কৃষ্ণ সাক্ষাৎ পরমেশ্বর পরব্রহ্মনি মহাক থর য় পানবা পূম্নমক্কী মনুংদা চঙলগা থুপ্পুনা লৈবা দেবনি, মডোন্দগী অতোপ্পা অমত্ত লৈতে। "একো দেবং সর্বভূতেষু গূঢ়ঃ" (শ্বেত উ ৬/১২)—"দেব অমত্তংদা থরায়পানবা পূম্নমক্কী মনুংদা চঙদূনা জীব ওইনা থুপ্পুনা লৈ।" থুপ্লিবা অহু মায়াহুনা মরম ওইহনা তৌবনি। মরম অসিনা মশাবু লান্থোক্তুনা জীবনা মশাগী মশক খঙবসি সংসারদগী লান্থোকপনি। অহুবু মসি অরাযবা বা অমসু থবক নত্তে। মায়াসিনা লমহত্তুনা জীবনা অহোবা লাইদবা মতমদগী হৌজিক ফাওবা সংসারসিদা মথল মথা অমাম্বা মপোক যংহুনা লাখ ৮৪ গী যোনিদা চঙলগা কোয়হনা লৈরক্লিবনি, মতুংদসু শ্রীভগবান্দা চঙজহনা মাগী কৃপাদগী মশাগী মশক ওইবা শ্রীভগবানবু খঙদ্রিফাওবা কোয়হনা লৈগদবনি। মীনা মশাগী মশক ওইবা শ্রীভগবানবু খঙবা ডম্নবতদা মায়াগী জাল (লাং) অসিদগী লান্থোকপা ঙমগদবনি। মসি নত্তনা সংসারদগী লান্থোক্লবা অতোপ্পা উপায় লৈতে।" শ্রুতিনসু অস্থুম্না হায়রি— "তমেব বিদিত্বাহতিমৃত্যুমেতি নান্যঃ পন্থা বিদ্যতেহয়নায" (শুক্ল যজুঃ ৩১/১৮)—"জীবনা অগাং ওইনা থুপ্পুনা লৈরিবা শ্রীভগবান্ অহুতবু খঙলগা মীকা থোকপা

শিবদগী লাম্থোকই, মসি মশুনা অয়াবা কোকুবগীদমক মোক্ষ ফংবা অতোপ্পা উপায় লৈতে।" মসিবু শ্রীভগবান্না গীতাসিদসু অমুক হন্না হায়প্রে— "যদা তে মোহকলিলং বুদ্ধির্ব্যতিতরিষ্যতি" (২/৫২), সর্ব্বং জ্ঞানপ্লবেনৈব বৃজিনং সন্তরিষ্যসি" (৪।৩৬) জ্ঞানেন তু তদজ্ঞানং যেষাং নাশিতমাত্মনঃ" (৫/১৬) অসিনচিংবা। অদুবু মায়াসিবু লাম্থোকপা পাম্বা মী শিংগীদমক্তি মায়াগী মপু ওইবা মায়াবী শ্রীভগবানগী মফমদা চঙজদুনা মখোন্দা হায়জবা মশুনা অতোপ্পা উপায় লৈতে। মরম অসিদগী শ্রীভগবান্না চানবীদুনা "মামেব যে প্রপদ্যন্তে মায়ামেতাং তরন্তি তে" হায়না তাকপিরিবনি। নিষ্কাম কর্ম্ম তৌদুনা অন্ত করণ (পুক্নীং) শেংনবা হোংনবগা লোয়ননা ইবুংঙো মাগী শ্রীচরণদা চঙজদুনা শ্রদ্ধা ভক্তিগা লোয়ননা পুজা পাঠনচিংবা তৌদুনা ইবুংঙো মাবু নীংজগদবনি। মদুত্তদা মায়াসিদগী লাম্থোকপা ঙমগদবনি। শ্রীমদ্ভাগবতত্তসু অসুম্না হায়রি— নারায়ণপরো মায়ামঞ্জস্তরতি দুস্তরাম্ (১/৩ ৩৩) শ্রদ্ধা ভক্তিগা লোয়ননা শ্রীভগবান নারায়ণদা পুক্নীং থিংজিন্দুনা থম্বা মীনা লানঙমগ্রবা মায়াসিবু লায়না লাম্থোকই।" শ্রুতিদসু অসুম্না হায়রি—"ঈশ্বরস্য মহামায়া তদাজ্ঞাবশবর্ত্তিনী। এতাং মহামায়াং তরন্ত্যেব যে বিষ্ণুমেব ভজন্তি তে নান্যে তরন্তি কদাচন (ত্রিপাদ ম উ ৪/১) 'ঈশ্বরগী মহামায়াসি, মসি মহাক্কী আজ্ঞা (য়াথং) মতুং ইন্না চংপীবি, অসিগুম্বা মহামায়া অসিবু বিষ্ণুবু নী জবা মী শি দনা লাম্থোকই অতোপ্পনা লাম্থোক্তে। মসিগী মরমদি— মায়াসিদগী লাম্থোক্নবা উপায় ইবুংঙো মাগী মশক খঙবগী মওঙ ওইবা জ্ঞানদু ভক্তি তৌবা মশুনা ফংবা য়াদে। জ্ঞান যংনবা উপায় ভক্তিনি। মরম অসিনা মসিবুসু অসুমনা তাক্লি— 'কারণেন বিনা কার্য্যং নোদেতি ভক্ত্যা বিনা ব্রহ্মজ্ঞানং কদাপি ন জায়তে" (ত্রিপাদ ম উ ৮/১) কারণ (পাম্বৈ) লৈত য়াওদনা করিগুম্বা থবক অমত্ত ওইবা য়াদে ব্রহ্মজ্ঞানগী কারণ (পাম্বৈ) দি ভক্তিনি মরম অসিনা ভক্তি য়াওদ লৈতনা কদোংঙৈদসু ব্রহ্মজ্ঞান পোক্তে ওইদে। মরম অসিদগী কৃষ্ণোপনিষত্তসু— অজেয়া বৈষ্ণবী মায়া হায়না তাক্লিবা বিষ্ণুগী লানঙমগ্রবা মায়াসিবু লায়না লাম্থোক্নবগীদমক অয়ান খুবম পাম্বা মী শিংনা শ্রীভগবানগী ভক্তি তৌদুনা ইবুংঙো মাগী শ্রীচরণবু তন্তুনা নীংজগদবনি ॥ ১৪ ॥

মহাক্কী ভক্তি তৌদুনা উপাসনা তৌবদগী অয়াবগী মশক ওইবী মায়াদগী লাম্থোকপ ঙম্মবদি মী পুম্নমক্না মদুদগী লাম্থোক্নবগীদমক মহাক্কী উপাসনা করিগী তৌদ্রিবনো হায়ন চিংনরবদা মদুগী পাউখুম ওইনা শ্রীভগবান্না অসুম্না হায়রি—

ন মাং দুষ্কৃতিনো মূঢা প্রপদ্যন্তে নরাধমাঃ।
মায়য়াহপহৃতজ্ঞানা আসুরং ভাবমাশ্রিতাঃ ॥ ১৫ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা**— দুষ্কৃতিন =ফত্তবা থবকশিং তৌবদগী পাপ য়াম্না চেন্নবা, মূঢা —অক ফ বাখল করিমত্তা লৈতবা, নরাধমা = 'মরম অদুদগী) মী ময়ক্তগী য়াম্না তোন্নবা, মায়য়া —হকচাংবচিং

আত্মা ওইনা মশাগী মশকনি থঙহল্লিবা মায়ানা, অপহৃতজ্ঞানা —মখোয়গী বুদ্ধি লৌশিং পুম্নমক হুপ্রবা, (মরম অসিদগী)—আসুরং ভাবং—হিংচাবশিংনা চংলিবা লমচংশিংবু, আশ্রিতা —চত্তুনা লৈরিবা মী শিংনা, মাং—সাক্ষাৎ পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐবু ন প্রপদ্যন্তে—সুকনীং নীংদে ॥ ১৫ ॥

অপুনবা অর্থ ৹— পাপ য়াম্না চেল্লবা, তোল্লবা মায়ানা বুদ্ধি লৌশিং পুম্নমক শুমহত্তুনা লৈরিবা, অক ফত্ত রাথল করিমত্ত লৈতবা অমসুং হিংচাবশিংগী লমচং চত্তুনা লৈরিবা মীশিংনা কৃষ্ণ ঐবু সুকনীং নী দে । ১৫ ।

## অথূপ্পা বা

অচং চত্ত তাইবঙ পুম্নমকসিগী মবুংঙো ওইবা ঈশ্বর খ্বায়গী মথক্তা লৈ হায়বসি সূকথা থাজদবা মী শিংদনা ঈশ্বরবু নীংদে হায়বসি তাক্লবগীদমক শ্লোক অসিদা ঈশ্বর নীংদবা মী শিংগী বিশেষণ মঙাথক পীরি। মখোয়শিংহুগী মন্নু দা হকচাংনচিংবসিমক্তবু মশামক্তি লেপ্ত না অমসুং খঙহুনা মহুগী নুংঙাইনবদা হোংনহুনা মায়ানা শুমহত্তুনা লৈবসি মকোকনি। মায়া অসি সত্ত্ব, রজ অমসুং তম গুণ অহুমসিনা তিনবী জগৎকী প্রকৃতি ওইবী অমসুং পরমেশ্বরদা চঙজহুনা লৈবী শক্তিনি। মসিনা মরম ওইহুনা অমত্ত ওইবা পরমাত্মানা তাইবঙসিবু শেম্নগা ময়াম ওইবগুম তৌনা মহুদা চঙদূনা লৈরিবনি। মসিবু শ্রুতিদা তাকপদ নত্তনা শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণদসু অসুম্না হায়রি—

স্বমায়য়া সৃষ্টমিদং সদসল্লক্ষণং বিভুঃ।
প্রবিষ্ট ঈয়তে তত্তৎসরূপোঽগ্নিরিবৈধসি ॥

(ভাগ ১১।৭।৪১)

মফম পুম্নমক্তা শীনথুংনা লৈবা পরমাত্মানা মাগী মায়ানা মরম ওইহুনা ফোংদোক্লা (পোৌনা) অমসুং ফোংদোক্তনা (কুপ্না) লৈরিবা তাইবঙসিবু শেমখি, অহুগা শীংদা শীনথুংনা চঙহুনা লৈবা মৈনা মখল মখা য়াম্না ফোংদোকপগী মতৌগুম্না ইবুংঙো মহাকসু মায়ানা শেম্লিবা মাগী তাইবঙসিদা চঙলগা মখল মখা অয়াম্বা মওঙ লৌদূনা লেঙ ওত্তুনা লৈবগুম তৌই।"

মরম অসিদগী ভগবান্না অহানবদা মায়াসিবু "গুণময়ী মম মায়া" (৭।১৪)— 'গুণগী মশক ওইবী ঐগী মায়া" হায়খিবনি। মসিনা থরায়পানবশিংবু শুমহত্তুনা থম্বদগী মসিগী মমিং অবিদ্যা" হায়নসু কৌই। মরম অসিনা যোগদর্শনদা মায়াবু অবিদ্যা ওইনা অসুম্না হায়রি—
অনিত্যাঽশুচিদুঃখাঽনাত্মসু নিত্যশুচিসুখাত্মখ্যাতিরবিদ্যা" (২।৫)— মাঙগদবা পোংশি বু মাঙদ্লোইদবনি খঙবা, শেংদবা পোংশিংবু অশেংবনি খঙবা, অরাববু নুংঙাইবনি খঙবা অমসুং অ৷ত্মা নত্তবা হকচাংনচিংববু আত্মানি খঙবা— মসি পুম্নমকসি অবিদ্যানি (মায়ানি)। মসি অরাবা পুম্নমক্তী মরুনি মসি লৈরিবা মতম অহুক্তী মখৈ পোকপা শিবা নাইবসি শোয়দবনি। অসিগুম্বা ঈশ্বরগী মায়াসিনা শুমহত্তুনা রাথল লৈতবা অপঙবশিংনা পাপ তৌরিবনি, হকচাংসিবু য়োক্লবা অমসুং নুংঙাইনবা হোংনবদা হিংচাবগী লমচং চংলিবনি। হিংচাবগী লমচং করিনো হায়বসিদি

১৬ শুবা অধ্যায়দা— "দম্ভো দর্পোঽভিমানশ্চ" ( ১৬।৪ ) অসিনচিংবা তাকনি। "চাউথোকপা, মাপান তৌবা, উশিন্তবা" অসিনচিংবা পূম্নমকসি হিংচাবগী লমচৎশিংনি। মসিগুম অসিনা হায়রিবা বিশেষণশিংসিগী মথক্তা অমত্তদা লৈবা মীনম্ম ঈশ্বরবু খোঁওইদে। মথুদা মঙাসি পূম্না লৈরিবা মীশিংগী মরমদদি ঈশ্বরবু করিমত্তা নীংদে হায়বসিদা করি অমুক হায়গনি ॥ ১৫ ॥

অদু ওইরবদি করম করম্মা মীশিংনা ইবুংঙো মঙবু নীংই হায়না হংলবদা মথুগী পাউখুম অস্থমা পীরি—

চতুর্বিধা ভজন্তে মাং জনাঃ সুকৃতিনোঽর্জ্জুন।
আর্ত্তো জিজ্ঞাসুরর্থার্থী জ্ঞানী চ ভরতর্ষভ ॥ ১৬ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— ভরতর্ষভ অর্জ্জুন।—ভরত শাগৈগী মনুংদা অথোইবা হে অর্জ্জুন! চতুর্বিধা—মখল মরিগী, সুকৃতিন জনা =পুণ্য তৌবা মী শিংনা, মাং ভজন্তে—পরমেশ্বর ওইবা কৃষ্ণ ঐবু নীংই, মখোয় অদুদি— আর্ত্ত —অরাবদা তাদুনা লৈবা মী, অর্থার্থী=লল থুমনচিংবা সংসারগী ঐশ্বর্য্য পাম্বা মী জিজ্ঞাসু =অথোইবা তত্ত্ববু থউনীংবা মী, চ=অমসুং, জ্ঞানী—অথোইবা আত্ম তত্ত্ববু খঙলবা মী— মরি অসিনি। ১৬।

অপুনবা অর্থ ঃ— ভরত শাগৈদা অথোইবা হে অর্জ্জুন! মখল মরিগী পুণ্য তৌবা মী শিংনা কৃষ্ণ ঐবু নীংই, মখোয় অদুদি— অরাবদা তাদুনা লৈবা মী সংসারগী লল থুম পাম্বা মী, তত্ত্ব থউনীংবা মী অমসুং আত্মতত্ত্ব খঙলবা মী ( জ্ঞানী ) মখোয়শিংনি ॥ ১৬ ॥

অথুপ্পা বা

শ্লোক অসিদা শ্রীভগবানগী ভক্ত মখল মরি হায়রিবসি মখোয়না অহানবদা তৌখিবা পুণ্য কর্ম্মশিংদা অথোই অহেন নাইনা খেন্নবদগীনি। অহানবগী মপোক্তা পরমাত্মাবু কাউদনা পুণ্য খরদং তৌখিবা জীবনা মপোকসিদা অরাবা ফংবা মতমদা শ্রীভগবানবু নীংশিংজবসি অহানবা ভক্তগী মওংনি খুদম ওইনা কৌরব সভাগী ময়ায়দা দুঃশাসননা ফি চিংলবা মতমদা দ্রৌপদীনা শ্রীকৃষ্ণবু নীংশিংজবা অমসুং কুম্ভিরনা খোঙ উমশিন্দুনা থম্লবদা গজরাজনা শ্রীভগবানবু নীংশিংদুনা কৌজবা অসিনচিংবা অসিনি। সংসারগী ঐশ্বর্য্য লল থুমনচিংবা পাম্বা ভক্তশিংদি ধ্রুব সুগ্রীব, বিভীষণ অসিনচিংবা অসিনি অদুগা তত্ত্ব থউনীংবা ( জিজ্ঞাসু ওইবা ) ভক্তশিংদি অর্জ্জুন, উদ্ধবনচিংবনি অমসুং জ্ঞানী ভক্তদি নারদ, দুর্ব্বাসানচিংবনি, মখোয়না করিগুম্বা অমত্ত পাম্বা তৌদে, মতম পুম্নমক্তা মশাগী আত্মাদা নু ঙাইদুনা লৈবা ঙাক্তনি, অদুমক ওইদুনসু মখোয়না শ্রীভগবানগী অমকপা লৈত্রবা য়াম্না শেংলবা গুণশিংবু শক শোন্দুনা লৈ। মরম অসিনা ভাগবত পুরাণদা অস্থমা হায়রি—

আত্মারামাশ্চ মুনয়ো নির্গ্রন্থা অপ্যুরুক্রমে।
কুর্ব্বন্ত্য হৈতুকীং ভক্তিমিত্থম্ভূতগুণো হরিঃ॥
( ১।৭।১০ )

"অহঙ্কারগী মশক ওইবা জড় অন্তঃকরণ (পুক্লীং) অমসুং চিৎ (চেতন) অনীগী অহানবদা অমত্ত ওইনা লৈরম্মা কিশি অদু নাম্নোকখিদ্রনা জ্ঞানী ওইরবা মুনিশিংনা আত্মাগী মুংঙাইবা মশক অদুতদা মুংঙাইনা লৈরবসু মতীক মগুণ চাউরবা শ্রীভগবানগী মফমদা অপান্থগী মরম লৈতনা ভক্তি তৌদ্রনা লৈ, মরমদি অসিগুম্বা গুণশিং তিন্দুনা লৈবা শ্রীভগবান হরিনি (মরম অসিনা ইবুংঙো মাগী ভক্তি তৌদনা জ্ঞানী ফাওবসু লৈবা ঙমদে)।

মসিদা শ্রীভগবানবু মশামক্তি হায়না শংশনা খঙলবা ভক্ত অদুবু জ্ঞানীগী অর্থনি হায়না লৌগদবনি, মসিদগী অতোপ্পা অর্থ জ্ঞানীগী ওইবা য়ারোই। মরম অসিনা "অভেদদর্শনং জ্ঞানম্" (স্কং উ ১১)— "পরমাত্মাদগী মশাবু খেন্নবা লৈতনা খঙবসি জ্ঞাননি" অসুম্না উপনিষদ্না হায়রি, অদুগা জ্ঞানসি লৈবা মী জ্ঞানীনি ॥ ১৬ ॥

হায়রিবা ভক্ত মরিমসি পুণ্য চেনবা ঙাক্না ওইবা মখম্না অমনা অমদগী অথোই অহেক নাইরিরোই হায়না চিংনরমদা জ্ঞানী ভক্ত খ্বায়দগী অথোইবনি হায়বসি অসুম্না তাক্লি।—

তেষাং জ্ঞানী নিত্যযুক্ত একভক্তির্বিশিষ্যতে।

প্রিয়োহি জ্ঞানিনোঽত্যর্থমহং স চ মম প্রিয়ঃ। ১৭ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা :—** তেষাং=হায়খ্রিবা ভক্ত মরিদুগী মনুংদা, জ্ঞানী বিশিষ্যতে=আত্মতত্ত্ববু নীংথিনা খঙলবা জ্ঞানী ভক্তনা খ্বায়দগী অথোইবনি মরমদি— নিত্যযুক্ত=মহাক মতম পুম্নমক্তা ভগবান ঐঙোন্দা পুক্লীং থিংজিন্দুনা লৈ একভক্তি=অদুগা মশাদগী ভগবান্ ঐবু অতোপ্পনি খঙদনা অমত্তমক্তি লেপ্পুনা ভক্তি তৌই হায়বদি নীংই, হি=মরম অসিদগী জ্ঞানিন=ভগবান ঐবু মশামক্তি খঙলবা জ্ঞানীদুনগী, অহং=ভগবান ঐসি,=অত্যর্থ প্রিয়=মশাগী আত্মা ওইবদগী য়াম্না নুংশিফম ওই চ=অদুগা, স=জ্ঞানী মহাক্কসু, মম প্রিয়=ভগবান্ ঐগী ঈশামক ওইবদগী য়াম্না নুংশিবা মশক্তি ॥ ১৭ ॥

**অপূনবা অর্থ :—** ভক্ত মরিদুগী মনুংদা জ্ঞানী ভক্ত খ্বায়দগী অথোইবনি মরমদি মহাক মতম পুম্নমক্তা ভগবান্ ঐঙোন্দা পুক্লীং থিংজিন্দুনা লৈ, ভগবান ঐবু মশামক্তি হায়না অমত্ত ওইনা লেপ্পুনা ভক্তি তৌই। মরম অসিদগী জ্ঞানীদুগী কৃষ্ণ ঐসি মশাগী আত্মা ওইবদগী য়াম্না নুংশিফম ওই, অদুগা মহাক অদুসু কৃষ্ণ ঐগী ঈশামক ওইবদগী য়াম্না নু শিবা মশক্তি॥ ১৭॥

অথুপ্পা বা

অম্রাবা কোকহন্নীদুনা অমসুং শেল থুম পামদুনা শ্রীভগবানগী ভক্তি তৌবা সকাম ভক্তশিংসি মখোয়না অপাম্বা পোৎশিংবু ফংলবা মতুংদা শ্রীভগবানবু কাউথোকই, ভক্তি তৌবা অমসুং নীংবা লায়থোক্লকই। মসি পুম্নমকসিগী মরমদি মখোয়না শ্রীভগবানবু মপুনি খন্দুনা মখোয়দগী অতোপ্পনি হায়বসি লেপ্পদনীদ্রি। মপুগী সেবা তৌবসি মশাগী ওইজবা থিবদগীনি, ওইজবা অদু ফংলবসি

মপুবু লায়থোক্লকই মাগী সেবা পুক্নী, চঙনা তৌনীংদবা অসিমচিংবা ওইরকই। ব্যবহারদা মী শিংনা মসিবু নীংথিনা খঙহুনা লৈরিবনি। সেবক ওইবা মীনা অহুম্না তৌরবদি মপু ওইরিবা অহনস্তু মখোয়বু শোয়দনা লায়থোক্কনি হায়বা অসি ময়েকনি। অহুমক ওইহুনস্তু শ্রীভগবানদি কনা অমত্তবুস্তু লায়থোক্কে শ্রীভগবান্দি পুম্নমক্কী মফমদা অমত্ত ওইনা মীচঙ মীথায় নাইদনা চপ মান্ননা য়েংলিবনি সৃপ্না জীবশিংনা তৌবগী মতু, ইন্না মহৈ পীবিবা মক্কনি। অহুগা সকম ভক্তশিং অসিদগীদি নিষ্কাম ভক্তনা অমুক হেন্না ফৈ মখোয়দি ভগবমথৈ মশাগী অপাম্বা থাদোক্তুনা শ্রীভগবানগী পেন্নবদা তৌহনা ইবুংঙো মাবু ফংনবা অমস্তুং খঙনবা ভক্তি তৌই। অহুমক ওইহুনস্তু শ্রীভগবানবু মখোয়দগী অতোপ্পনি খঙবদগী মশা মশাগী আত্মাবু মখোয়না নুংশিবা অহুগুম্না শ্রীভগবানবু নু শিদে খন্না লায়থোক্লা থমই। অহুগা জ্ঞানী ওইবা ভক্তদি শ্রীভগবানবু শংশঙনা মশাগী আত্মামক্তি খঙই, শ্রীভগবান্দগী অতোপ্পা পোং অমত্ত অশেংবনি হায়না উদে, শ্রীভগবান নত্তবা উরিবা পোং পুম্নমকপু মঙদা উবা পোংশিংগী মতৌগুম্না খঙই। মরম অসিনা পোং পুম্নমক অহুগী অপাম্বা থাদোক্তুনা মশামক্কী আত্মা ওইবা শ্রীভগবানবু মতম পুম্নমক্তা কাউদনা নীবদগী জ্ঞানী ভক্ত থ্বায়দগী অথোইবনি তাকপনি। মসিদ নত্তনা আত্মাদগী হেনগংনা নু শিবা য়াবা পো অমত্ত লৈতবা মরমদগী অমস্তুং শ্রীভগবান মশামক জ্ঞানীগী আত্মা ওইবদগী ইবুংঙো মহাক জ্ঞানীগী য়াম্না নুংশিবা শক্তম ওই। শ্রুতিনস্তু অস্তুম্না হায়রি— তদেতৎপ্রেয পুত্রাৎ প্রেযো বিত্তাৎ প্রেয়োঽনস্মাৎ সর্ব্বস্মাদান্তরো যদয়মাত্মা" ( বৃ উ ৪।৪।২২ )— "পুম্নমক্কী মনু চন্না লৈরিবা আত্মাসি মচাদগী হেন্না নু শিবা মশক্তি, লল থুমদগী হেন্না নুংশিবা মশক্তি, অতোপ্পা পুম্নমক্তগী হেন্না নুংশিবা মশক্তি। অস্তুম্না শ্রুতিনা হায়রিবা য়া অসিবু জীব পুম্নমক্না সংসারসিদা হিংহনা লৈননবা হোৎনবা মতমদা খঙনরিবনি মসিদা থোইনা হায়ফম লৈতে। অহুগা অতোপ্পগী মফমদা নুংশিরিবা অহুস্তু মশা মশাগী নু ঙাইনবগীদমক্তি, অতোপ্পগী নু ঙাইনবা নত্তে। মসিবুস্তু শ্রুতিনা অস্তুম্না হায়রি— ন বা অবে পত্যু কামায পতি. প্রিযো ভবত্যাত্মনস্তু কামায পতি প্রিযো ভবতি। ন বা অবে জায়াযৈ কামায জাযা প্রিযা ভবত্যাত্মনস্তু কামায় জাযা প্রিযা ভবতি ন বা অবে সর্ব্বস্য কামায সর্ব্বং প্রিযং ভবত্যাত্মনস্তু কামায় সর্ব্বং প্রিয়ং ভবতি।" ( বৃ উ ২।৪।৫ )— "যাজ্ঞবল্ক্যনা মাগী নুপী মৈত্রেয়ীবু অস্তুম্না হায়— "হে মৈত্রেয়ী। নুপীনা মপুরোইববু নুংশিরিবসি মপুরোইবহুগী নীংবা থুংসনু, মহাক নুংঙাইসনু হায়না নুংশিবা নত্তে, নুপী অহুনা মশাগী নীংবা থুনবা অমস্তুং নুংঙাইনবা মপুরোইববু নুংশিবনি। হে মৈত্রেয়ী। নুপানা মাগী নুপীবু ( মতুবু ) নুংশিরিবসিস্তু মতুহু নুংঙাইসনু অমস্তুং মাগী নীংবা থুংজসনু হায়না নুংশিবা নত্তে নুপা অহুনা মশাগী আত্মাগী নুংঙাইনবা অমস্তুং নীংবা থুংনবা মতুবু নুংশিবনি। অরে মৈত্রেয়ী। পুম্নমক্না পুম্নমকপু নুংশিরিবসি পুম্নমক নু ঙাইসনু অমস্তুং পুম্নমক্কী নীংবা থুংসনু হায়না নুংশিবা নত্তে, মশামশাগী আত্মাগী নুংঙাইনবা অমস্তুং নীংবা থুংনবা পুম্নমক্না পুম্নমকপু নুংশিবনি।" মরম

অসিনা—"আত্মা বা অরে দ্রষ্টব্যঃ শ্রোতব্যো মন্তব্যো নিদিধ্যাসিতব্যঃ" (বৃ উ ২।৪।৫) "হে মৈত্রেয়ী! আত্মাবু শংশঙনা খঙগদবনি মহাক্কীদমক (শংশঙনা খঙনবগীদমক) আত্মাগী মরমদা তাগদবনি (শ্রবণ তৌগদবনি), তারগা বিচার (মনন) তৌগদবনি, অমসুং বিচার তৌরগা নিদিধ্যাসন (আত্মাবু শংশঙনা খঙনবা সমাধিগী অভ্যাস) তৌগদবনি।" মরম অসিনা আত্মাবু শ্রীভগবানমক্তি হায়না শংশঙনা খঙলবা জ্ঞানীগীদমক শ্রীভগবান খ্বায়দগী হেন্না নুংশিবগী মশকনি হায়বসিদা করি চি নফম লৈগনি? মতৌ অসুম্না শ্রীভগবানগীদমকসু জ্ঞানী সাক্ষাৎ মশামক ওইবা মরমদগী খ্বায়দগী হেন্না নুংশিকম ওইবা শোয়দবনি। অশে বা মওঙদা অগ পুম্নমকসি শ্রীভগবান্দগী অতোপ্পা অমা নত্তে হায়বসিবুদি শ্রুতিশিংনা (বেদনা) লাউহুনা তাক্লি। মসিবু তাক্কবা উপনিষৎ অমত্ত লৈতে। পুরাণশিং সু মমৈথংদা তত্ত্ব ওইনা মসিবু তাকপা ঙাক্কনি। খুদম ওইনা অধ্যাত্মোপনিষ পু লৌসী—"ন প্রত্যগ ব্রহ্মণোর্ভেদং কদাপি ব্রহ্মসর্গযোঃ" (অ উ ৪৬)—"পুম্নমক্কা চঙহুনা লৈরিবা আত্মা অমসু ব্রহ্মদা অহুগা ব্রহ্ম অমসুং জগত্তা কদৌঙৈদসু খেন্নবা লৈতে।" "একমেবাদ্বয়ং ব্রহ্ম নেহ নানাস্তি কিঞ্চন" (অ উ ৬৩)—"সুপ্পা অমত্তং ওইবা অমসুং অনীশুবা শৈতবা ব্রহ্মনি, মঙোন্দা ময়াম ওইবা করিগুম্বা পোং অমত্ত লৈতে।" মরম অসিনা জীবশিংবু অণুনি হায়না লৌরগা পরমাত্মাগী শরুক ওইনা জীবশিং অমসুং জগংপু শ্রীভগবানগী অশেংবা হকচাংনি হায়না লৌরগা অমত্ত ওইবনি অসিনচিংবা হায়বসি লৌবা য়াবা নত্তে। যুক্তিনা মরম ওইহুনা বিচার তৌরবসু মসি ওইথোক্কবনি। মতুংদা মতাংগী মতুং ইন্না মসিগী মরমদা বিচার তৌগনি॥ ১৭॥

অদু ওইরবদি অরাবা ফংহুনা লৈবনচিংবা ভক্ত অহুমগী মথক্কা মহাত্মা নুংশিবা লৈতরে হায়না চিংনরবদা মহাক্কী পাউখুমবু অসুম্না হায়রি—

উদারা সর্ব্ব এবৈতে জ্ঞানী ত্বাত্মৈব মে মতম্।
আস্থিত স হি যুক্তাত্মা মামেবানুত্তমাং গতিম্॥ ১৮॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — এতে সর্ব্বে=অরাবা ফংহুনা লৈবা ভক্ত লল থুম পাম্বা ভক্ত অমসুং তত্ত্ববু খঙনীংবা ভক্ত মখল অহুমসিগী ভক্ত পুম্নমকসি, উদারা এব=অথোইবা অমসুং কৃষ্ণ ঐনা নুংশিবা ঙাক্কনি তু—অহুম্নমক ওইহুনসু, জ্ঞানী=জ্ঞানী ওইবা ভক্তসিদি, মে আত্মা এব=কৃষ্ণ ঐগী আত্মামকনি হায়বসি মতম=অশেংবা অমসুং অরেপ্পা বানি হি=মসিগী মরমদি, স =জ্ঞানী ভক্ত অদুনা, যুক্তাত্মা মতম পুম্নমক্কা কৃষ্ণ ঐঙোন্দা পুক্নীং থিংজিন্দুনা, অনুত্তমাং গতিং—খ্বায়দগী অথোইবা খুবম, মাং এব=কৃষ্ণ ঐমক্তবু আস্থিত—ফংগে (ঐঙোন্দা তিনগে) হায়না লেপপ্রে॥ ১৮॥

**অপূনবা অর্থ:**— অরাবা ফংহুনা লৈবনচিংবা ভক্ত পুম্নমক অসি অথোইবা অমসুং নুংশিবা ঙাক্কনি, অদুম্না ওইরবসু জ্ঞানী ওইবা ভক্তসিদি কৃষ্ণ ঐগী আত্মামক্তি হায়বসি অতোপ্পা বানি। মরমদি মহাত্মা কৃষ্ণ ঐঙোন্দা পুক্নীং থিংজিন্দুনা খ্বায়দগী অথোইবা খুবম কৃষ্ণ ঐমক্তবু ফংগে হায়না লেপপ্রে॥ ১৮॥

## অথুপ্পা বা

তাইবংথ অসিদা লেঙলি পাল্লিবা পুম্নমকসি শ্রীভগবান বাসুদেব কৃষ্ণদগী অতোপ্পা অমা নত্তে মাগী যোগ মায়ানা মরম ওইদুনা মঙোন্দা পুম্নমকসি উবদবি। মহুদসু অন্ত করণ (পুক্নীংগী মশক) ওইবা উপাধিশিংনা খায়দোকপদগী জীব পুম্নমকসি মশী, নাইদনা তোপ্পা তোপ্পা ময়াম ওইবগুম তৌরিবনি। মখোয়শিংদুগী মনুংদা মশা মশামকপু শ্রীভগবান বাসুদেবমক্তি খঙদবা জীবশিংনা অরাবা তাবনচিংবা মতমদা মহুদগী নাম্থোক্লবা মখোয়না শ্রীভগবানবু মখোয়দগী তোঙান্না খন্দুনা ভক্তি তৌজবনি অদুগা শ্রীভগবানসু মখোয়না খনবা অমসুং পামবা অদুগী মতুং ইন্না মখোয়গী মফমদা লমচং চপনি। মসিবু অহানবদা শ্রীভগবান মশামক্না অসুম্না হায়খ্রিবনি— "যে যথা মাং প্রপদ্যন্তে তাংস্তথৈব ভজাম্যহম্" (গীতা ৪।১১)— "মীশিং অদুনা মওং অদুম্না ঐবু নীংজে, মখোয় অদুবু মওং অদুমক্তদা ঐনা কৃপা তৌবি।" মরম অসিনা শ্রীভাবানসু অজ্ঞানী ওইবা ভক্তশিংগী মফমদদি মখোয়না শ্রীভগবানবু তোপ্পা খনবা অদুগুম্না মখোয়বু তোপ্পা খঙবগুম তৌদুনা থম্মি অমসুং মখোয়না অপাম্বা অদু নবা তৌবি। অদুগা জ্ঞানী ভক্তদি শ্রীভগবানবু সাক্ষাৎ মশামক্তি আত্মামনি হায়না লেপ্পী। মসিবু শ্রুতিনসু অসুম্না হায়রি— "অহমেবাক্ষরং ব্রহ্ম বাসুদেবাখ্যমদ্বয়ম্" (না প উ ৩।২)— "বাসুদেব হায়না কোবা, অতোপ্পা অমীশবা পোংলৈতবা অমসুং অমাংঅতা লৈতবা ব্রহ্মদু ঐমক্তি।" মতৌ অসুম্না শংশঙনা পরব্রহ্মবু মশামক্তি খঙলবা জ্ঞানী অদুবুদি শ্লোকসিদা শ্রীভগবাননসু— "জ্ঞানীদি এগী আত্মামক্তি হায়বসি অরেপ্পা বানি হায়বনি। অসিগুম্বা জ্ঞানী হিংদুনা লৈরিঙৈগী মতমদা অন্ত করণ উপাধিনা শ্রীভগবান্দগী তোপা উবগুম তৌরবসু প্রারব্ধ কর্ম্ম লোইদুনা শিবমক্তদা শ্রীভগবান্দা তিন্দুনা অথোইবা অরান খুবম ফংই হায়বসিবুসু শ্লোকসিদা শ্রীভগবান্না তশেং তশেংনা তাক্লি। ৮।

অসিগুম্বা জ্ঞানীসি সংসারসিদা য়াম্না তাঙই হায়না থাগত্তুনা অসুম্না হায়রি—

বহূনাং জন্মনামন্তে জ্ঞানবান্ মাং প্রপদ্যতে।
বাসুদেবং সর্ব্বমিতি স মহাত্মা সুদুর্লভং ॥ ১৯॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা:—** বহূনাং জন্মনাং = মপোক ময়ামগী অন্তে = মমৈদা (অরোইবদা), "বাসুদেব সর্ব্বম" ইতি—"লেঙলি পাল্লিবা পুম্নমকসি বাসুদেব ভগবান মক্তনি" অসুম্না লেপ্তুনা, জ্ঞানবান —শংশঙনা খঙলবা জ্ঞানী ভক্তনা, মাং প্রপদ্যতে = কৃষ্ণ ঐবু নীংদুনা ভক্তি তৌদুনা লৈ, স মহাত্মা—অসিগুম্বা জ্ঞানী ওইবা মহাত্মাসি সুদুর্লভ—য়াম্না ফংঙমদবনি ॥ ১৯॥

**অপুনবা অর্থ:—** মপোক ময়ামগী মমৈদা "পুম্নমকসি বাসুদেব ভগবান মক্তনি" অসুম্না খঙলবা জ্ঞানী ভক্তনা কৃষ্ণ ঐবু নীংদুনা ভক্তি তৌদুনা লৈ অসিগুম্বা জ্ঞানী মহাত্মাসি ফংঙমদবনি হায়বদি য়াম্না তাঙই ॥ ১৯॥

## অথুপ্পা বা

পূর্ণমকী মশক ওইনা শ্রীভগনবানবু খঙবসি মপোক অমত্তদা তৌবা পুণ্য কর্ম্মনা ওইবা য়াবা থোক্তে। হৌথিবা মপোক কয়ামুক্তা থর থরদ, তৌথিবা অমসুং তু দুনা লৈবা পুণ্যশিংদু পুনশিল্লগা মমৈথৎদা অরোইবা ওইনা ফংবা মপোক অদুদা জ্ঞানসি ফংদুনা জ্ঞানীবা প্রারব্ধ কর্ম্ম লোইরবদা শ্রীভগবান্দা তিল্লিবনি। মসিবু শ্রীভগবান্না অহান্‌বমক্তদা হায়ব্রে—

মনুষ্যাণাং সহস্রেষু কশ্চিদ যততি সিদ্ধযে।
যততামপি সিদ্ধানাং কশ্চিন্মাং বেত্তি তত্ত্বত ॥

(গীতা ৭।৩)

মরম অসিনা জ্ঞানসিবু য ম্না লায়না মী খুদিংমক্তা ফবা ঙমদে মন্নাইবক ফবা মীদমা জ্ঞ নসিবু ফংলগা পোকপা শিবা নাইবা সংসারসিদা অমুক হন্না লাক্ত্রিবনি। মরম অসিনা "অন্তে" হায়বা ৱাহৈসিনা মপোক ময়ামগী মমৈদা অরোইবা মপোক্তা মীনা জ্ঞান ফংই হায়না শ্রীভগবান্না তাকপনি। শ্রুতিনসু অসুম্না হায়রি— "ব্রহ্মবেদ ব্রহ্মৈব ভবতি" (মু উ ৩।২।৯) "ব্রহ্মবু খঙবা মী ব্রহ্মমক ওই।" "ব্রহ্মরূপতয়া পশ্যন্ ব্রহ্মৈব ভবতি স্বয়ম্" (অন্ন উ ২।১৪)— তাইবংসিবু ব্রহ্মগী মশক ওইনা উব্নবা মীদ্ মশামক ব্রহ্ম ওই।" মতৌ অসুম্না ব্রহ্মজ্ঞান ফংলবা মতুংদা অমুক হন্না মপোক ফংনবা কর্ম্ম পূর্ণমক মাঙখি। মসিবুসু অসুম্না তাক্লি—

ভিদ্যতে হৃদয গ্রন্থিশ্ছিদ্যন্তে সর্ব্বসংশযাঃ।
ক্ষীযন্তে চাস্য কর্ম্মাণি তস্মিন্দৃষ্টে পরাংবরে॥

(মু উ ২।২।৮)

"পরাবর" হায়বদি— পরব্রহ্ম অমসুং অবরব্রহ্মবু শংশঙনা খঙলবদা মীদুগী কর্ম্ম পুর্ণমক মাঙখি পুক্নীংদা চিৎ (চেতন) অমসুং জড (অচেতন) অনীগী অমত্ত ওইনা কিশি কিদুনা লৈরদ্দু নাম্মোকখি অদুগা জ্ঞানীদুগী মীৎয়ে দা চি নবা য়াবা অনীশুবা পোৎ অমত্ত লৈতবদগী মাগী চিংনবা পূর্ণমকসু পুমকোক কোকই। মসিদা পরব্রহ্মদি নির্ব্বিশেষ, নিগুণ অমসুং নিরাকার ওইনা লৌগদবনি অদুগা অবরব্রহ্মবু সবিশেষ সগুণ অমসুং নিরাকার নত্রগা সাকার ওইনা লৌগদবনি। পরব্রহ্মমক মঙোন্দা শক্তি ওইনা চঙজদুনা লৈবী অমসুং গুণ অহুম্না তিনবী মায়ানা মরম ওইদুনা অবরব্রহ্ম ওইবনি অশেংবা মওঙদদি নির্ব্বিকার অমসুং নির্ব্বিশেষ ব্রহ্ম নত্তুনা অবরব্রহ্ম অতোপ্পা অমা নত্তে, সূপ্পা মায়া উপাধিনা মরম ওইদুনা গুণ লৈবা অমসুং অবতারনচিংবা লৌদুনা মওঙ লৈবগুম তৌবদনি।

মসিদা কনা কনাগুম্বনা ব্রহ্ম অশেংবা শক্তমদা নিগুণ অমসুং নির্ব্বিশেষনি (অথোই অহেন লৈতনা চপ মান্ননা লৈবনি) হায়বসিবু য়াখীংদদুনা সূপ্পা সবিশেষ (অথোই-অহেন নাইবা) অমসুং সগুণ (গুণ লৈবা) ব্রহ্মনি হায়বসি য়ানগা নির্ব্বিশেষ অমসুং নিগুণবু তাকপা শ্রুতি

(বেদগী ৱাহৈ) অমসুং পুরাণগী ৱাহৈশিংবু খণ্ডন খংনা অমসুং উনা উনা খণ্ডনবগুম অমসুং উদবগুম তৌনা লৈখোকই, অদুগা সগুণ অমসুং সবিশেষবু তাকপা ৱাহৈশিংদবু প্রমাণ ওইনা পীদুনা মীগী মমিত্তা উকুল চাইশিল্লগা নত্তবা অর্থ তৌরবা হোংলে। খুদম ওইনা হায়রবদি— নিগুণগী অর্থ অসুম্না তৌই— "প্রাকৃত গুণ লৈতবা অমসুং অপ্রাকৃত গুণশিংনা থল্লা লৈবসি নিগুণনি।" অদুবু অসিগুম্বা অর্থসিবু তাকপা ঙম্বা প্রমাণদি অমত্ত পীদে, মনীংতম্না মখোয়না পাম্বা অর্থ তৌদুনা লৈ। মখোয়না প্রমাণনি হায়না য়ারিবা অমসুং লৌরিবা উপনিষ অমসুং পুরাণনচিংবা পুম্নমক্তা পরমাত্মাবু অশেংবা শক্তমদা নিগুণ নির্ব্বিশেষ অমসুং নিরাকার ওইনা লৌবা ঙাক্তনি। খুদম ওইনা হায়রবদি— মখোয়না পরমাত্মাবু সগুণ অমসুং সবিশেষ সিদ্ধ তৌনবগীদমক শ্বেতাশ্বেতর উপনিষৎকী ৱাহৈ কয়ামুক প্রমাণ ওইনা পী। অদুবু মহুদা ইরিবা— "সর্ব্বভূতাধিবাস সাক্ষী চেতা কেবলোনিগুর্ণশ্চ" (৬।১১)— হায়বা শরুক অসিবুদি থাদোকই। মসিগী অর্থদি— "অচৎ চত্ত তাইবঙ পুম্নমক্কী চঙজক্কম তু নফম (অধিষ্ঠান) ওইবা পুম্নমকপ ঙাম্থোক্তুনা তোপ্পা সাক্ষী ওইনা লৈবা চৈতন্যগী (জ্ঞানগী) মশক ওইবা মহাক মত্তবা নির্ব্বিশেষ পরমাত্মানি।" মসিদা "নিগুণ অনীগুবা পোং অমত্ত লৈতবা অমসুং গুণ অমত্ত লৈতবা নির্ব্বিশেষ পরমাত্মানি।" মসিদা "নিগুণ অনীগুবা পোং অমত্ত লৈতবা অমসুং গুণ অমত্ত লৈতবা অমসুং "নির্ব্বিশেষ" ৱাহৈ অনীসিগী অশেংবা অর্থ অসুম্না ওইগনি— "নির্গতাঃ গুণা যস্মাদিতি নিগুণঃ"— "মঙোন্দগী গুণ পুম্নমক চংথোকখ্রবদুর নিগুণ কৌই।" "নির্গতা বিশেষা যস্মাদিতি নির্ব্বিশেষ"— "মঙোন্দগী অথোই-অহেন ওইবা বিশেষ পুম্নমক চংথোকখ্রবা অদুবু নির্ব্বিশেষ কৌই।" মসিবু অহানবদা "নির্দোষং হি সমং ব্রহ্ম" (৫।১৯।) অসুম্না শ্রীভগবান্না হায়খ্রে। মসিদা "নিরাদয়ঃ ক্রান্ত্যাদ্যর্থে পঞ্চম্যা"— বার্ত্তিক সূত্র অসিনা সমাস তৌদুনা ব্যাকরণগী মতুং ইন্না সিদ্ধ ওইবা নিগুণনচিংবা ৱাহৈশিনি। অদুগা বিষ্ণুপুরাণ শ্রীমদ্ভাগবত নচিংববুসু মখোয়না মকোক ওইবা প্রমাণ ওইনা লৌই। অদুবু মহুদসু অসুম্না ইরি— "রূপবর্ণাদিনির্দেশ বিশেষণবিবর্জিত" (বিষ্ণুপু ১।২।১)— "পরমাত্মা মশক মওং-মচু মিং বিশেষণ (গুণ) লৈতবনি।" "নমো নমোঽবিশেষস্তং ত্বং ব্রহ্মা ত্বং পিনাকধৃক্" (বিষ্ণুপু ১।৯।৬৯)— "দেবতাশিংনা বিষ্ণুগী স্তুতি অসুম্না তৌই— ইবুংঙো নহাকপু হন্না হন্না খুরুমজরি নহাক্তি নির্ব্বিশেষনি, অদুমক ওইদুনসু নহাক ব্রহ্মানি (চতুর্মুখনি) নহাক পিনাক লীরুং পায়বা মহাদেবনি।"

মহুদা মতাংগী মতুং ইন্না বিষ্ণুপুরাণগী প্রমাণ য়াম্না পীগনি, হৌজিক শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণদগীসু প্রমাণ খরা লৌসি—

স এবেদং সর্সজাগ্রে ভগবানাত্মমায়য়া।
সদসদ্‌রূপয়া চাসৌ গুণময্যাঽগুণো বিভুঃ॥
(ভাগ ১/২/৩০)

শ্রীভগবান্ ইবুংঙো মহাত্মা সত্ত্ব, রজ অমসুং তম গুণ অহুমগী মশক ওইবী, লৈ হায়না উরবসু অশেংবমক্তি মতম অহুমক্তা লৈতবী মশাগী মায়ানা মরম ওইহনা লৈশেমগী অহৌবদা ত্রইবঙসিবু শেমখি, অশেংবমক্তি মহাক অগুণনি হায়বদি নিগুণনি অমসুং শীনথুনা লৈখনি।

সত্ত্বং রজস্তম ইতি নিগু´ণস্য গুণাস্ত্রয ।
স্থিতি সর্গনিরোধেষু গৃহিতা মাযযা বিভোঃ॥

( ভাগ ২।৫।১৮ )

"শীনথুনা লৈবা অমসুং অশেংবমক্তি নিগুণ ওইবা পরমাত্মাগী সত্ত্ব রজ, তম গুণ অহুম লৈ অহুগা ইবুংঙো মহাত্মা মায়ানা মরম ওইহনা লৈশেম ভাকপা মতমদা সত্ত্ব গুণ লোদুনা বিষ্ণু ওইবা লৈ লৈশেম্বদা রজোগুণ লোদুনা ব্রহ্মা ওইবা লৈ অহুগা লৈশেম মাংহনবা মতমদা তমোগুণ লোদুনা রুদ্র ওইবা লৈ।" "নিগুণং নিত্যমদ্বয়ম্" ( ভাগ ২।৬।৩৯ )— "পরমেশ্বর নিগুণনি, নিত্যনি অমসুং অমীগুবা লৈতবনি।" মসিদি শ্রীমদ্ভাগবতকী অহৌবগী বানি লোইবা কাওবদা অসিগুম্বা বানা থম্না লৈরিবনি। ফীবমসিদা পরমাত্মা নির্বিশেষ ওইবা য়াদে হায়বসি করম্না সিদ্ধ তৌগনি? সুপ্না সবিশেষপু য়ারগা নির্বিশেষবু য়াদবা কাওবুনা উপনিষৎ অমসুং পুরাণ মচিংববু করম্না প্রমাণনি হায়না য়াগনি, মসি পুম্নমকসিবু মীথিনা বিচার তৌগদবনি। পরমাত্মাগী অশেংবা মওংবু নিগুণনি লোদুনা বিদুরনা মৈত্রেয়গী মফমদা অম্মা হংই—

ব্রহ্মন্ কথং ভগবতশ্চিন্মাত্রস্যাঽবিকারিণঃ।
লীলযা চাপি যুজ্যেরন্নিগু´ণস্য গুণাঃ ক্রিযাঃ।

( ভাগ ৩।৭।২ )

"হে ব্রহ্মন্! সুপ্না জ্ঞানগী মশক ওইবা মওং ওম্মোকপা লৈতবা অমসুং গুণ অমত্ত লৈতবা (নিগুণ ওইবা) ইবুংঙো মাগী গুণশিং অমসুং ক্রিয়াশিং (মতৌক মগুণ অমসুং থবকশিং) লীলা ওইনা কাওবসু করম্না ওইবা য়াগনিগু?"

সবিশেষবাদীশিংগী মসুং ইমবদি মসিদা মৈত্রেয়না— "হে বিদুর! মঙ্মা হংলিবসি নিগুণগী অর্থ খঙদম্না তৌরিবনি, নিগুণগী অর্থ গুণ লৈতবা হায়বা নত্তে, প্রাকৃত গুণ (জীবশিংগী প্রকৃতিদগী ওইবা গুণ) ভগবানদা লৈত্রবসু অপ্রাকৃত গুণ (প্রকৃতিগী মতুবা অতোপ্পা গুণশিং) লৈ হায়বসি নিগুণগী অর্থনি" অম্মা পাউখুম পীরমম্মবনি। অদুবু মৈত্রেয়নদি মসিগী পাউখুম অম্মা পীরি—

সেযং ভগবতো মাযা যন্নযেন বিরুদ্ধ্যতে।
ঈশ্বরস্য বিমুক্তস্য কার্পণ্যমুত বন্ধনম্॥

( ভাগঃ ৩।৭।৯ )

"মতম পুম্নমক্তা মুক্ত ওইবা ( মনী্তম্না নৈবা ) পরমাত্মাগী অশোনবা অমস্থ্ অপুনবমচিংবসি যুক্তিনা বিচার তৌরবদি অমত্ত লৌবা য়াবা নত্তে, অহুমক ওইহনস্থ মসি পুম্নমকসি ইবুঙো মাগী মায়া অহুনা ওইরিবনি।"

মসিগী মমি্ মায়াবাদনি, শ্রীভগবানা তৌরিবা পুম্নমক মাগী শক্তি ওইবী মায়ানা তৌবা চাক্তনি, ভগবানদি মতম পুম্নমক্তা নির্বিশেষ ওইনা লৈরিবনি মসি মাগী অশে্বা মশকনি মায়ানা সবিশেষ ওইরিবা অহুদি মাগী লীলানি, অবতারনচি বা লৌদুনা সাকার ওইরিবা অসিস্থ মাগী লীলানি মসিদা ঐখোয়না মসি করম্না ওইরিবনো অমস্থ্ মসিনা করম্না ওইগ্রিবনো অসিনচি্বা হায়ক্ম থোক্তে। ঐখোয়না তৌগদবদি মাগী ভক্তি তৌজহুনা ইবু্ঙো মাবু খঙনবা হোৎনবা অসিনি, মহুতদা মী ওইনা পোকপসি মহে য়ান্দুনা য়াইফবা ফং্গদবনি। অহুগা "বাসুদেব সর্ব্বমিতি" অসিগীস্থ কনাগুম্বনা অঙকপগী মশক ওইনা অর্থ তৌই। জীবাত্মাসি অণুপরিমাণনি ( অনুমুক্তা চাউবা য়াম্না কুপ্পা মশকনি ), মহাক চেতননি হায়বগী অর্থদি মঙোন্দা জ্ঞান গুণ লৈ হায়বনি জ্ঞান মাগী মশক নত্তে, গুণনি অহুগা মাগী স্বভাব মীনাই ওইবনি মোক্ষগী মতমদস্থ শ্রীভগবান্দগী তোপ্পা মীনাই ওইহুনা লৈগদবনি, জীবনা মশাবু শ্রীভগবানগী মীনাইনি খঙবসি জ্ঞান নি অমস্থ্ "বাসুদেব ভগবান ঐগী পুম্নমকনি" খঙবসি জ্ঞাননি। মরম অসিনা "তত্ত্বমসি ( ছা উ ৬।৮।৭ ) অসিগী অর্থ "তস্য ত্বমসি" "নং মহাকীনি" হায়বনি অসিনচি্বা। অহুবু শাস্ত্র খঙবা অশি্বা মীনা খরা নী্থিনা বিচার তৌহুনা য়ে্লবদি হায়রিবা অর্থ ( রা ) পুম্নমকসি অমত্ত লৌবা য়াদে। জীবনিবু অণুনি অমস্থ্ জ্ঞান মাগী গুণনি য়ারবদি জীবগী মশক, জ্ঞানদগী অতোপ্পা ওইবদগী শোয়দনা পৃথিবীনচি্বগী মতৌগুম্না জডনি ( চঙদবনি ) অমস্থ্ জ্ঞান ওইবা গুণনা চেতননি ( অচঙবনি ) অম্হুম্না য়াবা তাই। অসিগুম্বা অণু জীবসি হকচা্গী মচি অমদা ( হৃদয়দা ) লৈরগা মাগী গুণ চৈতন্য ( জ্ঞান ) অহুনা হকচা্ পুম্নমক চাম্হোকলগা অরা সু্ঙাইনচি্বা পুম্নমকপু খঙহল্লী হায়বসি য়ারবদি রাম্হহুনা লৈবা মতমদা হকচা শীনথু্না লৈরম্বা জ্ঞান ( চৈতন্য ) অহু মাঙখিবদগী জীব ওইবা গুণী ( জ্ঞান—গুণ লৈবা জীব ) অহুবু শোয়দনা মাঙখিগনি হায়বা তাই, মরমদি চক্ষু মনুংদা থম্বা থাউমৈগী মঙাল মাঙপ্রবদি থাউমৈ অহু হান্নগী মতৌগুম্না চাক্তুনা অহুমক লৈহৌই হায়বা য়াদে, মঙাল মাঙবগা লোয়ননা মহুস্থ শোয়দনা মুৎকনি। মতৌ অহুম্না জীবস্থ মঙাল ওইবা মাগী গুণ জ্ঞান মাঙবগা লোয়ননা মাঙগনি মহাক মাঙদনা লৈহৌবা য়ারোই। মহ মাঙপ্রবদি অমুক হি্গৎলকনি অমস্থ্ অতোপ্পা মপোকুনচিংবা ফংগনি অসিনচি্বা য়ারিবা পুম্নমক অহু অরেম্বদা তাগনি অমস্থ লৌবা য়াবা রা অমত্ত ওইরোই।

ব্যবহারদা ঐখোয়না জীবনি হায়না কৌরিবা আত্মাসিগী মশক মঙঙবু ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরাণদা শ্রীকৃষ্ণ মশামক্তা শ্রীরাধাবু তাক্তুনা অম্হুম্না হায়রি—

জীবো মৎপ্রতিবিম্বশ্চ সর্ব্ব সর্ব্বত্র জীবিষু।
ভোক্তা শুভাশুভানাঞ্চ কর্ত্তা চ কর্ম্মণাং সদা॥
যথা জলঘটেষ্বেব মণ্ডলং চন্দ্র সূর্য্যয়োঃ।
ভগ্নেষু তেষু সংশ্লিষ্টস্তযোবেব তথা ময়ি॥

(ব্র বৈ' পুরাণ কৃষ্ণজন্ম খণ্ড ৬৭। ৪৬, ৪৭)

"থব্বায়পানবা পুম্নমক্তা লৈব্বিবা জীব পুম্নমকসি কৃষ্ণ ঐগী প্রতিবিম্বনি (মিনি) মতম পুম্নমক্তা অফ ফত্তগী (পাপ পুণ্যগী) মহৈ চাবা ভোক্তানি অমস্নু, কর্ম্মশিংগী কর্ত্ত নি (অতৌবনি)। নুমিৎ অমস্নু থাগী মমি চফুশিংদা লৈবা ঈশিংদা তাই অহুগা চফুশিং অমস্নু ঈশি শিং মাঙলবদা অমুক হন্না মি অহু নুমিৎ অমস্নু থাদা তিল্লী মতৌ অস্নুন্না জীব অসিস্নু হকচাংশিং অমস্নু, অন্ত করণশিং মাঙলবা মতমদা (মোক্ষ ফংবা মতমদা) কৃষ্ণ ঐমক্তদা তিল্লী।"

ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরাণসি বৈষ্ণবশিংগী প্রমাণ ওইনা য়াম্না অথোইবা লাইরিক অমনি। মসিনা শ্রীকৃষ্ণ মশামক্তা হায়রিবা জীবগী মশকসিবু য়াদহুনা মনীং তন্না জীবগী মশক য়াবা অসিবু বৈষ্ণব অমনা হৌনবরা নত্রগা হৌনদবরা হায়বসি খন্দুনা য়েংবনা চুমই। মসিদ নত্তনা অমুক হন্না শ্রীকৃষ্ণনা নন্দবাবাবু পরমার্থতত্ত্বগী উপদেশ পীবদা অস্নুন্না হায়রি—

অহমাত্মা চ সাক্ষী চ নির্লিপ্ত. সর্ব্বজীবিষু॥
জীবো মৎপ্রতিবিম্বশ্চ ইত্যেবং সর্ব্বসম্মতম্।
প্রকৃতির্মদ্বিকাবা চ সাপ্যহং প্রকৃতি' স্বযম্॥

(ব্র বৈ পু কৃষ্ণজন্ম খণ্ড ৭৩। ৪৬। ৪৭)

"হে নন্দবাবা! থব্বায়পানবা পুম্নমক্তা কৃষ্ণ ঐ আত্মানি পুম্নমকপু য়েংহুনা লৈবা সাক্ষীনি, অমস্নু কনা অমত্তগা শম্নদবনি (তোপ-তোপ্না লৈবনি)। অহুগা জীবসিদি কৃষ্ণ ঐগী প্রতি বিম্বনি (মিনি) হায়বা সিদ্ধান্তসি পুম্নমকী মত অমত্তনি (মসিদা মত খেন্নবা লৈতে'), প্রকৃতি অসিস্নু কৃষ্ণ ঐগী বিকারনি (ঐঙোন্দা লৈবা শক্তিনি), মরম অসিনা প্রকৃতিসি কৃষ্ণ ঐমক্ত (কৃষ্ণ ঐঙোন্দগী অতোপ্পা নত্তে)।"

মসিদ প্রকৃতিদি "গুণময়ী মম মাযা" (৭।১৪) অস্নুন্না ভগবান্না হায়খিবা গুণ অহুম তিনবী মায়া অহুনি। অহুগা জীবগী মরমদদি বেদান্তদর্শনদস্নু "আভাস এব চ" (২।৩।৫০)— অস্নুন্না "জীববু চেতনাভাসনি (চেতনগী মমিনি)" হায়না তাক্লি। মসি পুম্নমকসি "জাবগী লম্বী" কৌবা লাইরিক্তা নীংথিনা বিচার তৌগ্রে, মহুস্নু য়েংবিয়ু।

শ্রুতিনসু জীবগী মরমদা অসুম্না হায়রি—

অগ্নির্যথৈকো ভুবনং প্রবিষ্টো
রূপং রূপং প্রতিরূপো বভুব।
একস্তথা সর্ব্বভূতান্তরাত্মা
রূপং রূপং প্রতিরূপো বহিশ্চ ॥৫

(কঠ ২।২।৯)

"অমত্ত ওইবা মৈ তাইবঙ পুম্নমক্তা চঙলগা মখল মখা অয়াম্বা মওঙ মশকশিংগী মতৌগুম্বা মওঙ মশকশিং ওই, মতৌ অদুম্না থরায় পানবশিংগী মনুংদা আত্মা ওইনা লৈবা অমত্ত ওইবা পরমাত্মাসু মখল মখা অয়াম্বা মওঙ মশকশিংগী মতৌগুম্বা মওঙ মশকশিং লৌদুনা লৈ অদুগা শীনথুংনা লৈবা মরমদগী মহাক মখোয়গী মপান্দসু লৈ।"

মতৌ অসুম্না উপাধিশিংনা মরম ওইদুনা মপাম্বোংগী মীংয়েংদা খেন্নবা উরবসু অমসুং খঙলবসু উপাধি লৈতবা অশেংবা মওঙদদি জীব অমসুং পরমাত্মাদা করিমত্ত খেন্নদে অমত্তনি। মরম অসিনা "তত্ত্বমসি" শ্রুতিসিদা কনাগুম্বনা "তস্য ত্বম্" হায়না সমাস তৌদুনা মাগী হায়বদি পরমাত্মাগী" নঙনি হায়বদি "নঙ মীনাইনি" অসুম্না অর্থ তৌরবসু "অয়মাত্মা ব্রহ্ম" (বৃ উ ২।৫।১৯) —"জীবাত্মাসি ব্রহ্মনি" "অহং ব্রহ্মাস্মি" (বৃ উ ১।৪।১০)—"ঐ ব্রহ্মনি" অদিনচি বা শ্রুতিশিংগী অর্থবুদি কনা অমত্তনা ওন্ন তৈননা তৌবা ঙম্মোই। মসিদা নত্তুনা "ইদং সর্ব্বং যদয়মাত্মা" (বৃ উ ৪।৫।৭), "আত্মৈবেদং সর্ব্বম্" (ছা উ ৭।২৫।২)— "ব্রহ্মৈবেদং সর্ব্বম্" (নৃ উ ৭।৩)— অসিনচিংবা মন্ত্রশিংদা জীবাত্মা অমসুং ব্রহ্মবু অমত্ত ওইনা লৌদুনা মত্তুদগী তাইবঙসি অতোপ্পা অমা নত্তে তাক্লিবসিবু কনানা ওন্থোক্কুনা অর্থ তৌবা ঙমগনি? মতৌ অদুম্না গীতাগী শ্লোক অসিদসু "বাসুদেবঃ সর্ব্বমিতি" অসুম্না শ্রীভগবান্না তাক্লিবা অসিদা "পুম্নমকসি বাসুদেবমক্তনি মঙোন্দগী অতোপ্পা নত্তে" হায়রি। অদুগা বাসুদেব কদায়বু কৌবগে হায়বসিবুদি বিষ্ণুপুরাণদা অসুম্না তাক্লি—

সর্ব্বাণি তত্র ভূতানি বসন্তি পরমাত্মনি।
ভূতেষু চ স সর্ব্বাত্মা বাসুদেবস্ততঃ স্মৃতঃ॥
ভূতেষু বসতে সোঽন্তর্বসন্ত্যত্র চ তানি যৎ।
ধাতা বিধাতা জগতাং বাসুদেবস্ততঃ প্রভুঃ॥

(বি. পু. ৬।৫।৮০ ৮২)

"পরমাত্মা অদুদা তাইবঙ পুম্নমকসি লৈ, অদুগা পরমাত্মা মশামকসু পুম্নমকী আত্মা ওইনা থরায় পান্নবা পুম্নমক্তা লৈ, মরম অসিনা ইবুংঙো মাবু বাসুদেব কৌই। প্রভু (পুম্নমকী ইবুংঙো মহাক) তাইবঙ পুম্নমকী মনুংদা শীনথুংনা লৈ অদুগা তাইবঙ পুম্নমকসু ইবুংঙো মঙোন্দা

চঙঅহুনা লৈ, মতৌ অস্নুম্না ইবুংঙো মহাক তাইবঙসিগী শেম্নীবা অমস্নুং য়োকপি থাকপিবা ওইবা মরমদগী মহাকপু বাস্নুদেব হায়নে।"

অসিগুম্বা বাস্নুদেব ইবুংঙো মহাকপু পুম্নমক্কি খঙবসি মপোক অমত্তদা তৌবা পুণ্যনা ওইবা য়াবা রা নত্তে। মপোক কয়ামুক্ত্রা তৌখিবা পুণ্যগী মহৈ ওইনা মপোকসিদা মহ ফংলিবনি অহুগা মহ ফংলবদি অমুক হন্না সংসারসিদা পোক্লরোইদবনি। মরম অসিনা অস্নুম্না খঙবা মহাত্মা সংসারসিদা য়াম্না তাঙই হায়বসিনু শ্রীভগবান্না তাক্লিবনি। মৈত্রেয়গী মফমদস্নু পরাশরনা অস্নুম্না হায়রি—

অহং হরি঩ সর্ব্বমিদং জনার্দনো
নাহন্যত্তত কারণকার্য্যজাতম্।
ইদৃঙ মনো যস্য ন তস্য ভূযো
ভবোদ্ভবা দ্বন্দ্বগদা ভবন্তি॥
(বি পু ১।২২।৮৭)

'ঐ অমস্নুং লেঙলি পাল্লিবা তাইবঙ পুম্নমকসি জনার্দন হরিমক্নি, কার্য্য কারণ পুম্নমকসি মঙোন্দগী অতোপ্পা অমা নত্তে, অস্নুম্না মীহুগী পুক্নীং লেপ্লবদি মহাক্নী অমুক হন্না সংসারদা ওইগদবা অঙ্গ অশা অরানুংঙাইনচিংবগী মশক ওইবা লায়নাশিং ওইদে॥ ১৯।

মতৌ অস্নুম্না আর্ত্তনচিংবা (অরাবা ফংহুনা লৈবনচিংবা) ভক্ত মরিগী মনুংদা জ্ঞানী ভক্ত খ্বাযদগী অথোইবনি অমস্নুং মাদি মশামক্না লোয়নন্না তাইবঙ পুম্নমকপু বাস্নুদেবনি হায়না খঙবনি হায়বসি তাক্লগা হৌজিক অতোপ্পা ভক্ত অহুমগী মনুংদস্নু কনা ফনাগুম্বনা ইবুংঙো মাবু থাদোক্লগা অতোপ্পা দেবতাশিংগী ভক্তি তৌরবদি মহুগী করম্বা মহৈ ফংবগে হায়বহু শ্লোক মরিনা অস্নুম্না তাক্লি—

কামৈস্তৈস্তৈর্হৃততজ্ঞানাঃ প্রপদ্যন্তেহন্যদেবতা।
তং তং নিযমমাস্থায প্রকৃত্যা নিযতাঃ স্বযা॥ ২ ॥

অন্বয ব্যাখ্যা —তৈ তৈ কামৈ =সংসারগী অপাম অপাম্বা পোংশিংহুনা হৃতজ্ঞানা = মথোয়গী পুক্নীংবু শুমহত্তনা জ্ঞান লৈত্রবা মীশিংনা স্বয়া প্রকৃত্যা=মশা মশাগী স্বভাব ওইনা লৈরিবা বাসনা (অপাম্বা) অহুনা, নিয়তা =খুহুম চনখিহুনা তং ত নিয়মম=নীংলিবা পোং অহ ফংনবা মহুম মহুম ওইবা নিয়ম (পাম্বৈ) অহুবু, আস্থায়=লৌরগা (তৌরগা), অন্য দেবতা =শ্রীভগবান্ বাস্নুদেববু থাদোক্লুনা অতোপ্পা অপীকপা দেবতাশিংবু প্রপদ্যন্তে=নীংদুনা ভজন তৌই।২।

অপূনবা অর্থ:—সংসারগী অপাম-অপাম্বা পোংশিংহুনা পুক্নীং শুমহত্তুনা জ্ঞান লৈত্রবা মীশিংনা মশা মশাগী স্বভাব ওইনা পুক্নীংদা লৈরিবা বাসনা (অপাম্বা) অহুনা খুহুম চনখিহুনা

হায়বদি বাসনাগী মথা পোনখিহুনা অপাম্বা অহুবু ফংনবা মহুম মহুম ওইবা নিয়ম চাক্কুনা উপায় তৌরগা শ্রীভগবান্ নত্তবা অতোপ্পা অপীকপা দেবতাশিংবু নীংহুনা ভজন তৌই।

**অথূপ্পা ঃ।**

হৌখিবা মপোকশিংদা তৌখিবা কর্ম্মশিংগী পুক্লীংদা বাসনা ওইনা লৈরে বা অপাম্বা অহুগী মতুংইন্না অয়াম্বা মীনা চংলী মহু মখোয়না রাখল লৈতবদগীনি। রাখল নীংথিনা তৌহুনা ম ফত্তবনি হায়না লেপ্পগা থিংনবা হোৎনগদবনি অহবু মহু হোংনদবা মরম্না অপাম্বা পোংশি হুনা পুক্লীং শুমহৎখিহুনা কনানা সম্মোহন তৌবদা পূক্লীং থিংজিল্লী, কনানা বশীকরণ তৌবদা পূক্লী চঙই কনানা আকর্ষণ কর্ম্ম তৌহুনা লৈ। মসিগীদমক মখোয়না ভূত প্রেতনচি বা ফত্ত ফত্তবা লাই কয়ামুক্কীস্তু নিয়মগী মতুং ইন্না পূজা তৌই অহুগা মতৌ অস্থুম্না তৌবদা তৌহৈদবা থবক কয়ামুকপুস্থ মখোয়না পুক্লীংদা চিংনবা লৈতনা পাঙথোকই। মসি পুম্নমকসি ঐখোয়না মতম অয়াম্বদা উহুনা অমস্থু খঙহুনা লৈরিবনি মসিদা থোইনা হায়দোকফম থোক্তে। মরম অসিনা বুদ্ধি তাবা মীশিংনা ইহলোক অমস্থুং পরলোক যেংহুনা অসিগুম্বা থবকশি বু থাদোক্লগা মহুদগী থাপ্পা লৈনবা হোৎনগদবনি। মসি পুম্নমকসি তৌবগী মহুত্তা ইচম চমনা শ্রীভগবান মহাক্কবু মাগী পুজা ভজন নচিংবা তৌহুনা লৈগদবনি। ২ ।

অহুমক ওইহুনস্থু অহুগুম্বা অতোপ্পা দেবতাশিংগী পুজা তৌবা ভক্তশিংহুীস্থ নীংবা থুংনবা শ্রীভগবান্না শীপ লাঙই হায়বসিবু অস্থুম্না তাক্লি—

যো যো যাং যাং তনুং ভক্ত শ্রদ্ধয়াঽর্চিতুমিচ্ছতি।
তস্য তস্যাঽচলাং শ্রদ্ধাং তামেব বিদধাম্যহম্ ॥ ২১॥
স তয়া শ্রদ্ধয়া যুক্তস্তস্যারাধনমীহতে।
লভতে চ তত কামান্ ময়ৈব বিহিতান্ হি তান্ ॥ ২২ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা।**— য য ভক্ত = অহু অহুগুম্বা ভক্তনা, যাং যাং তনুং — অহুম অহুম্বা দেব মূর্ত্তিহুগী, শ্রদ্ধয়া — য়াম্না থাজ্রবগা লোয়ননা, অর্চিতুং ইচ্ছতি = পূজা তৌবা পামই, তস্য তস্য = মহু মহুগুম্বা ভক্তহুগী, তাং = দেবমূর্ত্তিহুগী মফমদা, অচলা শ্রদ্ধাং এব — লেঙদবা থাজবমক্কবু, অহং বিদধামি — এনা ( কৃষ্ণনা ) ফংহল্লী। ২১। তয়াশ্রদ্ধয়া যুক্ত = থাজবা অহুগা লোয়ননরবা, স — ভক্ত অহুনা, তস্যা — অপাম্বা দেবমূর্ত্তিহুগী, রাধনং — পূজাবু, ইহতে — নীংথিনা তৌই, তত চ = অহুগা বেদতাহুগী তৌরিবা পূজা অহুদগী, মায়া এব বিহিতান = পুম্নমক্কী মহৈ পীনহৈবা কৃষ্ণ ঐমকনা পীবা, তান্ কামান = অপাম্বশিংহুবু, হি — লেপ্পনমক, লভতে — মহাক্না ফংই। ২২ ॥

**অপুনবা অর্থ।**— অহু অহুগুম্বা ভক্তহুনা অহুম অহুম্বা দেবমূর্ত্তিহুগী য়াম্না থাজনা পূজা তৌবা পামই, মহু মহুগুম্বা ভক্তহুগী দেবতাহুগী মফমদা লেঙদবা থাজবমক্কবু কৃষ্ণ ঐনা ফংহল্লী। ২১।

অহুগা থ'জবা অদুগা লোয়নবা ভক্ত অদুনা দেবমূর্ত্তি অহুগী পুজা নীংথিনা অসুম্না মহাক্না দেবতাহুগী তৌরিবা পুজা অরুদগী কৃষ্ণ ঐনা পীবা অপাম্বশিংহবু লেপ্পমক ফংই ।২২।

### অথুপ্পা বা

শ্রদ্ধাসি য়াম্না লুবা অমসুং অকনবা থবক অমা তৌনবা খ্বায়দগী মকোক ওইনা অথোইবা উপায় অমনি। শ্রদ্ধা কদায়বু কৌবগে হায়বসিবু শাস্ত্রকারশিংনা অসুম্না হায়রি- "শাস্ত্রাচার্য্যোপদিষ্টেহর্থেহননুভূতেপ্যেবমেবৈতদিতি বিশ্বাস শ্রদ্ধা।' "শাস্ত্রনা নত্রগা করাগুম্বা অখণ্ড অহৈ অচার্য্যনা তাকপা অমসু উদ খণ্ডদবা হীরম অমদা মদুমক ওইগনি হায়না য়াম্না থাজববু শ্রদ্ধা কৌই।' অসিগুম্বা শ্রদ্ধাসি লেঙদনা লৈরবতদা মীনা তৌনীংবা থবক অহুদা পুক্লীং লেংদনা থম্বা ঙম্মিবনি। মরম অসিনা শ্রীভগবান্নসু তুংদা হায়গনি—"শ্রদ্ধাময়োহয়ং পুরুষো যো যচ্ছ্রদ্ধ স এব স (গীতা ১৭।৩)—"মীসি শ্রদ্ধাগী মশক্তি মানা থম্বা শ্রদ্ধাহুগী মতুং ইন্না মহাক মহু ওই।" অসুম্না হায়রিবা শ্রদ্ধাসি অকবদা লৈরবদি য়াম্না কান্নবা ওই মসিদগী মুক্তি ফাওবা ফংবা ঙমই। অহুগা ফত্তবা হীরমদা শ্রদ্ধা লৈরবদি য়াম্না কান্নদবা অমসুং লৈখা তানা মখা তাগদবা মরম ওই। মরম অসিনা ব্রাখল লৈবা অশিবা মীনা করিগুম্বা পোং অমদা শ্রদ্ধা তৌজ্রিঙৈগী মমাঙদা মহুদগী ফংগদবা মহৈগী মরমদা বিচার তৌগদবনি, করিগুম্বা মহুদগী ফত্তবা মহৈ ফংগদবা লৈরবদি অমসুং উরবদি মহুবু থাদোক্কদবনি অহুগা অযবা মহৈ উরবদি মহুদা শ্রদ্ধা তৌহুনা মহুবু পাঙথোক্কবা শোয়দনা হোৎনগদবনি। মসিতদা মীনা চাওখৎপা ঙমগনি।

অসিগুম্বা ব্রাখল লৈতবা মরম্না পুক্লীং খেন্নবদগী মীনা শ্রীভগবানবু থাদোক্লগা অতোপ্পা দেবতাগী পুজা তৌই। অহুবু দেবতাহুগী মওঙ ওইনা শ্রীভগবান মশামক লৈবা মরমদগী তৌরিবা পূজানচিংবা পুম্নমক্কী মহৈ পীবিরিবসিদি সুপ্না ভগবান মশামক্তি, মহাক নত্তবা অতোপ্পা দেবতা অমত্ত মহৈ পীবা ঙমদে। লৈরিবা দেবতা পুম্নমক অমসুং তাইবঙগী থরায় শাবনা পুম্নমক মাগী মখল মখা অয়াম্বা মশক ঙাক্কনি। মীনা শঙবদগী ময়াম ওইনা উবদনি। মরম অসিনা বেদনা অসুম্না হায়রি—"একং সদ্বিপ্রা বহুধা বদন্তি' (ঋগ ১।১৬৪।৪৬)—''পরমাত্মা অমত্ত ওইরবসু মাবু জ্ঞানী ওইবা ঋষিশিংনা ময়াম ওইবনি হায়" শ্রীমদ্ভাগবতসু শ্রীভগবান্না অসুম্না হায়রি—

আত্মমায়াং সমাশ্রিত্য সোঽহং গুণময়ীং দ্বিজ।
সৃজন্ রক্ষন্ হরন্ বিশ্বং দধ্রে সংজ্ঞাং গুণোচিতম্॥
তস্মিন্ ব্রহ্মণ্যদ্বিতীয়ে কেবলে পরমাত্মনি।
ব্রহ্মরুদ্রৌচ ভূতানি ভেদেনাজ্ঞোঽনুপশ্যতি॥

(ভাগ ৪।৭।৫০,৫২)

"হে দক্ষ ! ভগবান ঐসি ঈশাগী গুণ অহুমগী মলক ওইবী মায়াবু লৌরঁগা লৈশেমহুনা, লৈশেম ঙাক্লুনা অমসুং লৈশেম মাঙহন্দুনা লৈ, অহুগা মহুগী মতু ইন্না ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং মহাদেব হায়বৈ। অনীগুবা লৈতবা অমসুং সুপ্রা অমত্ত ওইবা পরমাত্মা ব্রহ্মদা খণ্ডদবা অজ্ঞানীনা ব্রহ্মা, রুদ্রা অমসুং খরাযপানবশিংবু খেন্নদা উই।"

মরম অসিদগী শ্রীভগবান্দগী অতোপ্পনি খনুনা অপীকপা লাইশিংবু নীংলোইদবনি পুন্নমক্কী চঙজকম ওইনা লৈবা শ্রীভগবান্দা চঙজহনা অয়াম খুবম ক নবা হোংনগদবনি করিগুম্বা সংসারসিগী ফংদবা মহৈ ফংনীংবা থো শ্রীভগবানমক্তবু নীংহনা মঙোন্দগী মহৈশুবু নীগদবনি। ২১ ২২।

হৌজিক অতোপ্পা দেবতাশিংদগী ফংবা মহৈ অহু কুইনা লৈবা য়াবা নত্তে, ইবুঙো মঙোন্দা চঙজরবতদা য়াইফবা ওইগনি হায়বসি তাশেংনা তাক্লি—

অন্তবত্তু ফলং তেষাং তদ্ভবত্যল্পমেধসাম্ ।
দেবান্ দেবযজো যান্তি মদ্ভক্তা যান্তি মামপি ॥ ২৩॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — অল্পমেধসাং = বুদ্ধি য়াম্না লৈতবা তেষাং = ইন্দ্রনচি বা অপীকপা লাইশি বু নীংজবা মী শিংহুগী, তৎ ফলং তু = লাইনীংবগী মহৈ অহুদি অন্তবৎ ভবতি — মাঙগদবা ওই মরমদি দেবযজঃ — ইন্দ্রনচিংবা নীংজবা মী শিংনা দেবান যান্তি = ইন্দ্রনচিংবা লাইশিংবু ফংই, অহুগা মদ্ভক্তা — কৃষ্ণ ঐগী ভক্ত ওইহনা ঐবু নীংজবা মী শিংনা, মাং অপি যান্তি = কৃষ্ণ ঐমক্তবু ফংই ॥ ২৩।

অপুনবা অর্থ ঃ— ইন্দ্রনচিংবা লাইশিংবু নীংবা ৱাখল লৈতবা মী-শিংগী লাইনীংবগী মহৈহুদি মাঙগদবা ওই, মরমদি লাইশিংবু নীংজবা মীনা লাইশিংহুবু ফংই অহুগা কৃষ্ণ ঐগী ভক্তদি কৃষ্ণ ঐমক্তবু ফংই। ২৩।

অথুপ্পা ৱা

শ্রীভগবান নত্তবা অতোপ্পা ইন্দ্রনচিংবা লাই পুন্নমকসি মীগী মতৌগুম্বা পোকপা শিবা নাইবা ঙাক্তনি, মথোয়না হৌখিবা মপোকশিংদা তৌখিবা অথোইবা পুণ্যশিংগী মহৈ ওইনা মপোক্কসিদা লাই ওইবনি। অহুগা মথোয়সিদি শ্রীভগবানুপা য়েংনবদা য়াম্না পীকপা ঙাক্তনি। মরম অসিনা মথোয়দা নত্তগা মথোয়বু ফংবদা মপুং কান্না লুংঙাইবা লৈত্তে, মথোয়দা লৈবা লুংঙাইবদি অরাবা য়াম্না য়ানশিন্দুনা লৈবা ঙাক্তনি। শ্রুতিনসু অসুম্না হায়রি— 'যদল্পং তন্মর্ত্যং নাল্পে সুখমস্তি" (ছা উ ৭।২৩।১) "অপীকপা অহু মাঙদবা-লিংদবা ঙাক্তনি, অপীকপদা লুংঙাইবা লৈতে।" গীতাসু শ্রীভগবান্না অসুম্না হায়রি— 'আব্রহ্মভুবনাল্লোকা পুনরাবর্তিনোঽর্জুন" (গীতা ৮।১৬)—'হে অর্জুন! ব্রহ্মলোক ফাওবা লোক পুন্নমকসি অমুক হল্লকদোবা ঙাক্তনি।" অহুগা মসিগী ওম্‌-তৌননা শ্রীভগবান্দি শীনবুংবা খন্না লৈ, মহাক নত্তবা অতোপ্পা পোংসু অমত্ত লৈত্তে। মরম অসিনা মহাক লুংঙাইবগী মশক্তি অমসুং মাঙ তাকপা লৈতবনি।

মসিবুন্থ শ্রুতিনা অসুম্না হায়রি—"যো বৈ ভূমা তৎসুখং ভূমৈব অমৃতম্" (ছাঃ উ ৭।২৩।১) "খ্বায়দগী চাউনা শীনথুংনা লৈবা অদু মুংঙাইবনি, মহাক অমৃতনি (মাঙ-তাকপা লৈতবনি)।" অসিগুম্বা ইমুংঙো মাবু মীংঅহনা ফংবা উম্নবদি ভক্ত অদু সংসারসিদা অমুক হন্নতে। মসিবুন্থ তুংদা হায়গনি—"মামুপেত্য তু কৌন্তেয় পুনর্জন্ম ন বিদ্যতে" (গীতা ৮।১৬)—"হে কৌন্তেয়! কৃষ্ণ ঐবু ফংলবা ভক্ত অদুগীদি অমুক হন্না মপোক ওইদে।" মরম অসিনা অতোপ্পা অপীকপা লাইশিংবু মীংবা থাদোক্লগা ইমুংঙো মহাক্তবু নীংজহনা লৈনবা হোৎনগদবনি ।২৩।

অতোপ্পা দেবতাশিংবু মীংননবা হোৎনবা অদুদগী হেন্না লায়না ইবুংঙো নহাকপু নীংব য়াই অদুগা মহৈস্থ হেন্না ফংবা য়াই, অদুবু মীনা ইবুংঙো নহাকপু কন্নিগী নীংনন্নিবনো হায়বসিগী পাউখুম অসুম্না পীরি—

অব্যক্তং ব্যক্তিমাপন্নং মন্যন্তে মামবুদ্ধয়ঃ।
পরং ভাবমজানন্তো মমাব্যয়মনুত্তমম্ ॥২৪॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—অবুদ্ধয় = বুদ্ধি লৈতবা অপঙবা মীশিংনা, মম = পরমেশ্বর ওইবা কৃষ্ণ ঐগী, অব্যয়ং = মাঙ-তাকপা লৈত্রবা অনুত্তমং = মথুদগী হেনবা অফবা অমা লৈত্রবা পরং ভাবং = খ্বাযদগী অথোইবা স্বরূপ অদুবু অজানন্ত = খঙদবা মরমদগী, মাং = কৃষ্ণ ঐবু, অব্যক্তং = অহানবদা (পোকত্রিঙৈগী মমাঙদা) ফোঙদোক্তনা লৈরম্বা ব্যক্তিং আপন্নং = তুংদা (পোক্লবা তুংদা) ফোঙদোক্লবা জীব অমনি হায়না, মন্যন্তে = খল্লী (মরম অসিনা ঐবু মীংদে) ॥২৪॥

অপুনবা অর্থ ঃ— অপঙবা মীশিংনা কৃষ্ণ ঐগী মাঙ তাকপা লৈতবা, মথুদগী হেন্না ফবা লৈত্রবা অমসুং খ্বায়দগী অথোইবা স্বরূপ অদুবু খঙদবদগী কৃষ্ণ ঐবু অহানবদা ফোঙদোক্তনা লৈরম্লগা তুংদা ফোঙদোকপা জীব অমনি হায়না খল্লী (মরম অসিনা মীশিংনা কৃষ্ণ ঐবু অচম্বা মীনি খন্দুনা মীংদে) ॥২৪॥

## অথূপ্পা বা

শ্রীভগবান্না লৌবা হকচাংসি ভৌতিক নত্তে হায়বদি পৃথিবীনচিংবা ভূত মঙানা শাবা হকচাং নত্তে, মায়িকনি (সূপ্না মায়ানা মরম ওইদুনা উবা হকচাংনি) হায়বা অসিগী মরমদা মরিশুবা অধ্যায়দা নীংথিনা বিচার তৌখ্রে। অদুবু ইবুংঙো মাগী মায়ানা শুমহত্তুনা অচম্বা মীশিংনা ইবুংঙো মাবু খঙদে, অতোপ্পা জীব অমগী মতোঙুম্না উই। মথুদগী মথোয়না ইবুংঙো মাবু থৌওইদে অমসুং লাই মী হায়বা ফাওবা য়ারোইদে। মথুদগী মথোয়না ইবুংঙো মাবু থাদোক্লগা ইন্দ্র নচিংবা লাইদগী হৌদুনা ভূত প্রেত ফাওবগী পূজা তৌদুনা লৈরোইংই। হায়রিবা লাই পূম্নমক অসি ইবুংঙো মঙোন্দগী অতোপ্পা মত্রবন্থ ব্যবহারগী মতম্দা উপাধিনা মরম ওইদুনা থেমবা মরমদগী মথোয়গী পূজা তৌবদা ইবুংঙো মাগী পূজা তৌবনি হায়বা য়াদে। ব্যবহারগী মীংয়েংদা য়েংলবদি ইবুংঙো মহাক

পুম্নমক্কী মপুম্নি, মাগী মথা পোন্দুনা পুম্নমক লৈবা ভাক্তনি মাদি পুম্নমকপু ওাক-পোম্নবগীদমক মফম পুম্নমক্তা পীমথুংনা লৈরিবনি। অদুমক ওইদুনম্নু কোওদোক্তবা য়াদবা মওমদদা কোওদোক্তুনা কত্তবশিংবু মাওহল্লগা অকবশিংবু য়োকপী-থাকপিদুনা ধর্ম্মগী স্থাপনাবুম্নু তৌদুনা লৈরিবনি। মদুদা মানা কোওদোক্তুনা লৈবা অদুবু অচম্বা অপওবা মী-শিংনা সুকখঙ খঙদে, সুপ্না ভক্ত ওইবা জ্ঞানীশিংদনা খঙই মরম অসিনা অম্সুম্না হায়রি—

প্রজাপতিশ্চরতি গর্ভেহন্তরজায়মানো বহুধা বিজায়তে।
তস্য যোনিং পরিপশ্যন্তিধীরা., তস্মিন্ হ তস্থু ভুবনানি বিশ্বাঃ॥
(শুক্ল যজু ৩১।১৯)

"প্রজা পুম্নমকপু য়োকপী থাকপিরিবা পরমেশ্বর শ্রীভগবান্না মায়ানা মরম ওইদুনা গর্ভদম্নু চঙই (গর্ভদা চঙবগুম ওইনম্নু তৌই), অদুগা পোকপা মাইদ্রবম্নু মথল-মথা অয়াম্বা মপোক লোদুনা লৈ (অবতারশিংবু লোদুনা লৈ)। ইবুংঙো মাগী অশেংবা মশক অদুবুদি জ্ঞানী ওইবা ভক্তশিংদনা নীংথিনা খঙই ইবুংঙো মঙোন্দা তাইবঙ পুম্বসি চঙজদুনা লৈরিবনি।

মরম অসিনা জ্ঞান তাবা মীনা পুক্নীংদা অপওবগী বা থাদোক্তুনা শ্রদ্ধা ভক্তিগা লোয়নবা ইবুংঙো মাবু নীংজরবতদা অয়ান থুবম ফংপনি। মসিবুম্নু ইবুংঙো মশামক্না অম্সুম্না হায়রি—

তেষাং সততযুক্তানাং ভজতাং প্রীতিপূর্ব্বকম্।
দদামি বুদ্ধিযোগং তং যেন মামুপযান্তি॥
(গীতা ১০।১০)

"পুক্নীং শেনবগা লোয়নবা মতম পুম্নমক্তা কৃষ্ণ ঐমক্তবু মীংজবা মী শিংপীদমক কৃষ্ণ ঐনা জ্ঞানযোগঅ পীবি, মদুদগী মখোয়না পরব্রহ্মগী মশক ওইবা কৃষ্ণ ঐবু ফংজে (কৃষ্ণ ঐঙোন্দা ভিন্নী)" ॥ ২৪ ॥

ইতিহাস পুরাণ নচিংবা লাইরিকশিংনা ইবুংঙো নহাক্কী নশক তাক্লবম্নু অচম্বা জীবশিংনা ইবুংঙো নহাক্কী নশক করিগী খঙদ্রিবনো হায়রবদা কৃষ্ণ ঐগী অশেংবা মশক যোগমায়ানা কুপ্তনা লৈবদগী অচম্বা মী শিংনা খঙদবনি তাক্লি—

নাহং প্রকাশঃ সর্ব্বস্য যোগমায়াসমাবৃতঃ।
মূঢ়োহয়ং নাভিজানাতি লোকো মামজমব্যয়ম্ ॥ ২৫ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যাঃ— অহং=কৃষ্ণ ঐসি যোগমায়াসমাবৃত.—গুণ অহুম্না ভিন্নবী মায়ানা কুপ্তুনা লৈবা মরমদগী, সর্ব্বস্য—পুম্নমক্কী মমাঙদা, ন প্রকাশ =ঙাক্লোকনা (কোওদোক্না) লৈতে, মরম অসিনা—মূঢ=মায়ানা গুমহল্লুনা লৈবা অয়ং লোক =তাইবঙসিনা, অজং—পোকপা নাইদবা, অব্যয়ং—মাঙ তাকপা লৈতবা, মাং=কৃষ্ণ ঐগী অশেংবা মশকপু ন অভিজানাতি—করিমত খঙদে ॥ ২৫ ॥

অপুনবা অর্থ :—কৃষ্ণ ঐ গুণ অহুম্না-লৈতিবী মায়াবা কুপ্ত্ুনা লৈবা মরমদগী পূম্নমক্কী মমাঙদা ডাহ্নোক্লা লৈত্তে মরম অসিনা মায়ানা শুমহন্ত্ুনা লৈনা তাইবংসিনা পোকপা নাইদবা অমস্তু, মাঙ তাকপা লৈতবা কৃষ্ণ ঐগী অশেংবা মশকপু খঙদে ॥২৫॥

অথূপ্পা বা

শ্রীভগবান্‌গী মায়া অঙকপনি। মায়া অহূনা মরম ওইহূনা ঐখোয়বা তাইবংসিংবু উরিন্মনি। সংসার পূম্নমকসি মায়াহূগী পরিণামমক্তনি মতোন্দগী অতোপ্পা নত্তে মরম অসিনা মায়াবু প্রকৃতি হায়নস্থু কৌরিবনি। মহাক পরমাত্মাগী শরূক অমদা চঙজহূনা লৈ অহূগা মায়া শরূক অহূবু কুপ্ত্ুনা থমই। মরম অসিনা শ্রুতিনা হায়রি—"পাদোঽস্য সর্ব্বা ভূতানি ত্রিপাদস্যামৃতং দিবি' (ছা উ ৩।১২৬)—"পরমাত্মাগী শরূক অমদা তাইবঙ পূম্নমকসি লৈ অহূগা মাগী শরূক অহূমদি মশাগী অশেংবা শরূমদা ডান্দুনা লৈ।" মরম অসিনা মায়ানা কুপশিন্দুনা থম্বা পরমাত্মাগী শরূক অহূদা লৈরিবা তাইবঙ অসিনা ইবুংঙো মাগী অশেংবা মশক অহূ খঙবা ঙমদবা মরমদগী জীব পূম্নমক মায়ানা শুমহন্ত্ুনা লৈ। মহূদগী মীনা সাক্ষাৎ পরমেশ্বর ওইবা শ্রীকৃষ্ণবুস্থু খঙবা ঙমদে অমস্তু, ইবুংঙো মাবু অচম্বা মী অমা ওইনা উই, অহূখা মখোয়গী মতৌগুম্না পোকপা শিবা নাইবনি হায়না খল্লি। অশেংবমক্তি জীব ওইবা ঐখোয়গী ইতৌগুম্না মহাক পোকপা শিবা নাইদে। মসিবু অস্থুম্না হায়হূনা তাক্লি—

নাত্মা জজান ন মরিষ্যতি নৈধতেঽসৌ
ন ক্ষীয়তে সবনবিদ্ব্যভিচারিণাং হি।
সর্ব্বত্র শশ্বদনপায্যুপলব্ধিমাত্রং
প্রাণো যথেন্দ্রিয়বলেন বিকল্পিতং সৎ ॥
(ভাগ° ১১।৩।৩৮)

"পরমাত্মা পোক্তে, শিদে, চাউথত্তে, হন্থবস্থু তৌদে মরমদি মহাক মকম পূম্নমক্তা শীনথুংনা লৈ, কদোঙৈদস্থু মশক ওন্থোক্তে মহাক জ্ঞানগী মশক্লি, পূম্নমক্কী সাক্ষীনি। অহূমক ওইহূবস্থু অমত্ত ওইবা প্রাণনা হকচাং মতুংদা মকম থেন্নবদগী মমিং, থেন্নবা অতোপ অতোপ্পা থথক তৌহূনা লৈবগুম্না পরব্রহ্ম ওইবা ইবুংঙো মহাকস্থু মথল-মথা অয়াম্বা ওইনা উত্ত্ুনা লৈ।"

মতৌ অস্থুম্না মায়ানা কুপ্ত্ুনা ময়াম ওইনা-উত্ত্ুনা লৈরিবা ইবুংঙো মাবু মীনা করম্বা উপায় তৌরগা খঙবা ঙমগদগে হায়বসিবু অস্থুম্না তাক্লি—

যর্হ্যব্জনাভচরণৈষণয়োরুভক্ত্যা
চেতোমলানি বিধমেদ্ গুণ-কর্ম্মজানি।

তস্মিন্ বিশুদ্ধ উপলভ্যত আত্মতত্ত্বং
সাক্ষাদ যথাঽমলদৃশোঃ সবিতৃপ্রকাশঃ॥
(ভাগ ১১।৩।৪০)

"কমলনাভ (খোয়দোদা থম্বাল হোৱা) ভগবান বিষ্ণুগী চরণবু ফংনবগী অপাম্বা অহুনা মরম ওইদুনা য়াম্না চাওখংনা তৌরিবা ভক্তি অদুদগী থম্মোয়দা লৈবা অমম্মু গুণ কর্ম্মদগী শোকপা অমোংপা পুম্নমক মাংখিদুনা শেংদোক্লা তরু তরুনা লৈরবা থম্মোয় অদুদা আত্মতত্ত্ব (পরমাত্মাগী অশেংবা মশক) অদু মীৎ শেংবা লৈবা মীগী মুমিংকী মঙানগুম্না শংশঙনা ফোঙদোকই।"

মরম অসিনা থরায়পানবা পুম্নমকী অমত্ত ওইনা আত্মতত্ত্ব ওইবা ইবুংঙো মাবু কুপ্পু না লৈরিবা যোগ মায়াদুবু লোৎখোক্তে লেপ্পা মীনা পুক্নীং অনী লোওদনা ইবুংঙো মাগী ভক্তি তৌজগদবনি। মসিবুম্মু অম্মুম্না হায়রি—"নারায়ণপরো মায়ামঞ্জস্তরতি দুস্তরাম্" (ভাগ ১১।৩।৩৩) "পুক্নীং অনী লোওদনা ভক্তি তৌজদুনা শ্রীভগবান নারায়ণবু নী জবা মীনা য়াম্না লায়রনমক লানওমদবা মায়াবু লাম্মোকই।" মরম অসিদগী লৌশিং লৈবা মীনা সংসার সমুদ্রদগী লাম্মোকপা পাম্নরদি ইবুংঙো মাগী শ্রীচরণদা চঙজদুনা শুদ্ধ মখৈ ভক্তি তৌজগদবনি॥ ২৫॥

যোগমায়ানা ইবুংঙো নহাকপুম্মু কুপ্পু না থম্নরদি জীবশিংগী মতৌগুম্না নহাকম্মু শুমহত্তুনা কবিমত্ত খংলোই হায়না চিংনরবদা মদুগী পাউখুম অম্মুম্না পীরি—

বেদাহং সমতীতানি বর্ত্তমানানি চার্জ্জুন।
ভবিষ্যাণি চ ভূতানি মাং তু বেদ ন কশ্চন॥ ২৬॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—** অর্জ্জুন=হে অর্জ্জুন! অহ—পরমেশ্বর ওইবা কৃষ্ণ ঐনা, সমতীতানি=মমাংদা ওইখ্রবা, চ=অমম্মুং, বর্ত্তমানানি=হৌজিক ওইরিবা চ=অদুগা, ভবিষ্যাণি=তুংদা ওইগদবা, ভূতানি বেদ—অচৎ-চত্ত তাইবঙ পুম্নমকপু খঙই, তু=অদুবু, কশ্চন=কনা অমত্তনা (কৃষ্ণ ঐগী কৃপা ফংদনা), মাং—কৃষ্ণ ঐবু (অশেংবা মশক্তা), ন বেদ—খঙদে (মরম অসিনা কৃষ্ণ ঐবু খঙনবগীদমক মদুগী উপায় ওইবা ভক্তি তৌগদবনি)॥ ২৬॥

**অপুনবা অর্থ ঃ—** হে অর্জ্জুন। কৃষ্ণ ঐনা হৌখ্রবা, ওইরিবা অমম্মুং লাকদবা অচৎ চত্ত তাইবঙ পুম্নমকপু খঙই, অদুবু কনা অমত্তনা কৃষ্ণ ঐবুদি খঙদে॥ ২৬॥

**অথুপ্পা বা**

শ্রীভগবান্দা মায়াসি চঙজদুনা লৈরবম্মু মায়াদুনা কুপ্পুনা শ্রীভগবানম্মু জীবগী মতৌগুম্না শুমহত্তনা লৈগনি হায়বা য়াদে। মরমদি শ্রীভগবান্ মায়াবীনি, মীনাবীবু মায়ানা কদৌঙৈদম্মু শুমহত্তে। ব্যবহারদা চংনবা মন্ত্রাবীনা (মিত্রং তৌবা মীনা) মাগী মায়া অদুদগী অয়েংবা

মী শিংবু শুমহত্তুনা থম্নকস্থ মশামকপুদি শুমহত্তনা লৈবগী মতৌগুম্না মায়াবী ভগবানস্থ অতোপ্পা পুম্নমকপুদি শুমহত্তুনা থম্নগা মশামকপুদি শুমহত্তনা লৈরিবনি। অদুগা মায়া অদুনা মরম ওইদুনা (মায়া উপাধি ওইবা মরমদগী) মহাক পুম্নমক খঙবা ওইদুনা মতম অহমগী পোৎ পুম্নমকপু খঙলিবনি, অদুগা মঙোন্দা ভক্তি লৈতবা অমস্থ্ মাবু খঙনীংদবা মীগী মনাক্তা মাগী অশেংবা মশক অদুবু কদৌঙদস্থ উক্তে। শ্রুতিনস্থ অস্থুম্না হায়রি— "স বেত্তি বেদ্যং ন চ তস্যাস্তি বেত্তা" (না প উ ৯।১৪)— "খঙবা য়াবা পুম্নমকপু মানা খঙই অমস্থ্ মহাকপু খঙবা কনামত্ত লৈত্তে।" মরমদি ইবুংঙো মহাক মশামক জ্ঞান স্বরূপ ওইবা মরমদগী মতম পুম্নমক্তা ঙান্দুনা লৈ, কদৌঙদস্থ মহাক অতোপ্পা জ্ঞান অমগী বিষয় ওইদে। অদুমক ওইদুনস্থ কনাগুম্বা মীনা পুণ্য য়াম্না তৌখিবা মরমদগী মাবু খঙনী হুনা লেঙদবা ভক্তি তৌজরবদি মহাক ভক্তদুগী মমাঙদা ফোঙদোকুনা অশেংবা মশকপু উৎলী। মসি মাগী কৃপা ফংদনা কদৌঙদস্থ ওইবা য়াদে। মিত্রং তৌবা মীনা মাগী কৃপা ফংলবতদা কনাগুম্বা মীনা মিত্রং অ১ খ৩বা ঙম্বগুম্না মীনা ইবুংঙো মাগী ভক্তি তৌজদুনা কৃপা ফংলবতদা মাগী মায়াজাল অদু চ থোকখিদুনা মাবু অশেংবা মশক খঙবা ঙমগদবনি ॥ ২৬ ॥

শ্রীভগবানগী অশেংবা মশক খঙদবা অদুদা যোগমায়ানা কুপ্ত না থম্বা অদু মরু ওইবা মরমনি তাক্লগা হৌজিক মদুগী অতোপ্পা মরমবুস্থ অস্থুম্না হায়রি—

ইচ্ছাদ্বেষসমুত্থেন দ্বন্দ্বমোহেন ভারত।
সর্ব্বভূতানি সংমোহং সর্গে যান্তি পরন্তপ ॥ ২৭ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা :**— ভারত=ভরত শাগৈদা পোকপা, পরন্তপ—য়েক্লবশিংগী পুক্নীং চাকহনবা হে অর্জ্জুন! সর্গে=হকচাংসি পোক্লবদা (পোকপা মতমদগী হৌদুনা), ইচ্ছাদ্বেষসমুত্থেন= অপাম্বগী নীংবা অমস্থ্ পামদবগী য়েংথিবা অনী অসিদগী পোকপা, দ্বন্দ্বমোহেন—অঙৈ অশা, অয়া মুংঙাইনচিংবা ফাইবোকনা মরম ওইদুনা বাখল লৈতানা লৈতবদগী থবায়পানবা পুম্নমক, সংমোহং যান্তি=তৌকম খঙদনা শুমহত্তুনা লৈ ॥ ২৭ ॥

**অপূনবা অর্থ :**— ভরত শাগৈদা পোকপা অমস্থ্ য়েক্লবশিংগী পুক্নীং চাকহনবা হে অর্জ্জুন। পোকপা মতমদগী হৌদুনা অপাম্বগী নীংবা অমস্থ্ পামদবগী য়েংথিবা অনী অসিদগী ওইরকপা অদুগা অঙৈ অশা, অয়া মুংঙাইনচিংবা ফাইবোকনা মরম ওইদুনা বাখল লৈতানা লৈতবা অদুদগী থবায়পানবা পুম্নমক তৌকম খঙদনা শুমহত্তুনা লৈ ॥ ২৭ ॥

### অথূপ্পা বা

ডাইবঙসিদা লৈরিবা থবায়পানবা পুম্নমকসিনা পোকপদগী হৌদুনা মখোয়না অপাম্বা পোৎশিংদা চঙশিনবা অমস্থ্ মদু ফংনবা নীংবা, অদুগা পামদবা পোৎশিংদগী হন্দোকপা অমস্থ্ মদুদগী য়েংথিবসি স্বভাব ওইনা তৌই। মসিগী অকনবা অভ্যাসনা মরম ওইদুনা থবায়পানবশিংনা শিবা থাওবা অপাম-পামদা অনীগী মরমদা থম্মুনতা লৈ, মদুদগী মখোয়গী পুক্নীং অদু শুমহৎখিদুনা

মমিলগী হেন্গোকপা তৌকম খোকপা থককশিং, লৈ হায়বসি মখোয়না মরিক্তু থজে। "মচুদি মমম ওইহনা মখোয়না পোকপা শিবা নাইবা অইবগ্রসিদা খঙঙমদবা মতমদগী হৌহনা হৌঙ্গিক ফাওবা কোয়চং চত্তুনা হন্না হন্না পোক্লরিবনি। মসিবু শ্রুতিনস্থ অস্থুম্না হায়রি—"ইদং বয্যামিদং নেতি বীজং তে দ্রু খসন্ততেঃ" (অম উ ৫। ৭)—"মসি ফজবনি অদুগা মসিদি ফজদবনি অস্থুম্না পূক্নীংদা খল্লীবা অহ মহাক্কী সংসারদা ফংলিবা বাখলগী ঈচেল অদুগী মরমনি।" মরম অসিনা হকচাংসিবু ঐমক্তি নত্রগা ঐগীমক্তি খন্দুনা মসিদা পূক্নীং লুপ্তুনা লৈরিবা মতম অহক্কী মখৈ মীওইবনা অত্রাবদগী লাম্হোকপা ঙমগদবা ওইদে। হকচাংসিদা "ঐনি নত্রগা ঐগীনি হায়বা বাখল থাদোক্কুনা মসিদগী তোপ্পা লৈরিবা আত্মা অসিদবু "ঐনি" লেপ্তুনা আত্মাসিগী মাইকনবা মী বদা পূক্নীং চঙলক্লবা মীদনা পরমাত্মাগী মথক্তা হায়গ্রিবা মহাজাল অদুদগী লাম্হোকপা ঙমগদবনি অমস্তুং পরমাত্মাগী অশেংবা মশক অদুবুস্থ খঙবা ঙমগদবনি। ২৭।

পোকপদগী হৌহনা থরায়পানবা পুন্নমক দ্বন্দ্ব মোহনা শুমহত্তনা লৈরবদি সংসারসিদা ইবুংঙো মঙবু নীংজবা ঙম্বা কনা কনানা ওইগনি হায়না চি নরবদা মহুগী পাউখুম অস্থুম্না পীরি—

যেষাং ত্বন্তগতং পাপং জনানাং পুণ্যকর্মণাম্।
তে দ্বন্দ্বমোহনির্মুক্তা ভজন্তে মাং দৃঢব্রতা ॥২৮॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** ঃ— তু = অদুগা যেষাং জনানাং = মী শিংদুগী, পুণ্যকর্ম্মণাং = পুণ্যকর্ম্ম তৌবদগী পাপং অন্তগতং = পাপ কোকথোকখ্রে, তে = অদুগুম্বা মখোয় অদুনা দ্বন্দ্বমোহবিমুক্তা = অঙৈং অশাং, অবা নুংঙাইনচিংবা দ্বন্দ্বশিংদগী বাখল লৈতানা লৈরমদবদু থাদোকখিদুনা, দৃঢব্রতা = অকনবা ব্রত তৌরগা মাং ভজন্তে = কৃষ্ণ ঐবু ভক্তি তৌদুনা নীংই। ২৮॥

**অপুনবা অর্থ** ঃ— অদুগা মী শিংদুগী পুণ্যকর্ম্মশিং তৌবদগী পাপ কোকথোকখ্রে, অদুগুম্বা মখোয়না অঙৈং অশানচিংবা দ্বন্দ্বশিংদগী বাখল লৈতানা লৈরমদবদু চথোকখিদুনা অকনবা ব্রত তৌরগা কৃষ্ণ ঐবু নীংই ॥ ২৮ ॥

**চঙথুম্না বা**

শ্লোক অসিদা পুণ্যকর্ম্ম তৌবদগী পাপ মাংই হায়রিবসি সকাম পুণ্যকর্ম্ম তৌবদগী পাপ মাংই হায়বা নত্তে। সকাম পুণ্যকর্ম্ম মাগী ফল পীবা নত্তুনা পাপ মাংহনবা ঙমদে। নিষ্কাম ভাবতা মহৈ পামদনা ঈশ্বরগী চরণদা কথোক্কুনা তৌরিবা পুণ্যকর্ম্মশিংদগী পাপ মাংবনি। ঐখোয়গী অন্তঃকরণদা লৈবা অমোংপবু পাপ কৌই। মহৈ পামদনা তৌবা পুণ্যকর্ম্মনা অমোংপদু চামথোকখিদুনা পুক্নীং (মন) শেংলবদা অক ফত্ত অমস্তুং কামনা-কামদনা পূর্ণমক্কী মরমদা বাখল লৈতারক্লুবা "ঐনা কনানো? করম তৌরগা সংসারসিদগী লাম্হোকপা ঙমগনি?" হায়বা ৱাখল লাকপদগী ইবুংঙো মাগী ভক্তি তৌবদা পুক্নীং চঙলকই। পুণ্যকর্ম্মদগী পাপ

মসাই অমাবনিবু শ্রুতিদসু অস্মুমা তাক্লি—"ধর্ম্মেণ পাপমপনুদতি" ( ম না উ ২২।১ )—"ধর্ম্মনা ( পুণ্যকর্ম্মনা ) মরম ওইদুনা মীনা পাপ লৌথোকই।" পুক্নী শেংত্রবদি ইবুংঙো মাগী ভক্তি থোংখিনা তৌবা য়াদে। মরম অসিনা ভক্তি তৌগে হায়বগা লোয়ননা রিক্তাম ভাবতা পুণ্যকর্ম্মশিংবুসু শোয়দনা তৌদুনা লৈগদবনি। করম্বা মতম ফাওবা কর্ম্ম তৌদুনা লৈগদগে হায়বসিবু শ্রীভগবান্না অস্মুম তাক্লি—

তাবৎ কর্ম্মাণি কুর্ব্বীত ন নির্বিদ্যেত যাবতা।
মৎকথাশ্রবণাদৌ বা শ্রদ্ধা যাবন্ন জায়তে॥
( ভাগ ১১।২০।৯ )

"সংসারগী পোৎশিংদগী পামদবা পোক্লিবা ফাওবা মহাক্না ঐগী বারী-বাত্তায় তাবদা নীংখিবা শ্রদ্ধা পোক্লিবা ফাওবা কর্ম্ম শোয়দনা তৌদুনা লৈগদবনি।"

মতৌ অস্মুনা পুক্নী শেংলবদা স্বাভাবিক ওইনা ইবুংঙো মাবু নী নীংবসি পুক্নীদা পোক্লকনি অদুগা মতুংদগী মীওইবগী মপোক অসি মহৈ য়াবগনি। শ্রীভগবান্না উদ্ধবগী মফমদসু অস্মুনা হায়রি—

নৃদেহমাদ্যং সুলভং সুদুর্লভং
প্লবং সুকল্পং গুরুকর্ণধারম্।
ময়ানুকূলেন নভস্বতেরিতং
পুমান্ ভবাব্ধিং ন তরেৎ স আত্মহা॥
( ভাগ ১১।২০।১৭ )

"মীওইবগী হকচাংসি অফবা মহৈ পূম্নমক ফংনবা খ্বায়দগী অথোইবা পাম্বৈ ( সাধন ) মনি। অফবা কর্ম্ম তৌবা মীশিংনা মসিবু ( মীওইবগী হকচাংসিবু ) লায়না ফংই, অদুগা ওবা কর্ম্ম তৌবা মীশিংনদি মসিবু ফংবা ওইথোক্তবনি। মসি ( মীওইবগী হকচাংসি ) সংসার সমুদ্রবু লানবা য়াম্না মতীক চাবা হি অমনি। গুরুনা লমজিংদুনা মসিগী হি হোনবা অমনি অদুগা হিসিবু পুদুনা চৎপদা মতেং ওইরিবা সুংশিত্তিগুম ঐহাক ঈশামক্লি। অসিগুম্বা হকচাংসিবু ফংলগা মীনা সংসার-সমুদ্রবু লানথোক্তবদি মহাক মশামকপু হাৎচবা মী অমনি।"

মরম অসিনা আত্মঘাতী ওইদনবগীদমক মীওইবগী হকচাংসিদা লৈরিঙৈ মতমসিদা ইবুংঙো গী শ্রীচরণদা চঙজদুনা ওয়মথৈ ভক্তি তৌজদুনা লৈরগা পুক্নি লেপ্পনা হোৎনগদবনি ॥ ২৮॥

ভক্ত ওইনা সথোয়বা ইবুংঙো মহাক্তা ভজন তৌবা অদুদগী করম্বা মহৈ ফংগদগে হায়বসি গী শ্রাউদুম অম্বনা নীংখি—

জরামরণমোক্ষায় মামাশ্রিত্য যতন্তি যে।
তে ব্রহ্ম তদ্বিদুঃ কৃৎস্নমধ্যাত্মং কর্ম্মচাখিলম্ ॥ ২৯॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** ৷— যে=ভক্ত ওইবা মী শিংহুনা, মাং—সগুণ, সাকার (গুণ অমস্থং মওঙ লৈবা) পরব্রহ্ম ওইবা কৃষ্ণ ঐঙোন্দা, আশ্রিত্য=চঙজহুনা, জরা মরণমোক্ষায়=পোক্‌না অহল ওইবা অমস্থং শিবা অসিদগী নান্থোক্লবগীদমক যতন্তি—ভক্তিনচিংবা তৌহুনা হোৎনৈ, তে= অসিগুম্বা ভক্ত মখোয়না তৎব্রহ্ম=অশেংবা নিগুণ, নিরাকার (গুণ অমস্থং মওঙ লৈতবা) ব্রহ্মগী মশক ওইবা কৃষ্ণ ঐবু, বিদুঃ=শংশঙনা খঙই অধ্যাত্মং—হকচাংসিগা মরী লৈনবগুম তৌহুনা লৈরিবা আত্মাসিবুস্থ কৃৎস্নং (বিদুঃ)—শীনথুংনা লৈবা অগত্তনি হায়না শংশঙনা খঙই চ=অদুগা, কর্ম্ম=ব্রহ্ম অমস্থং আত্মাবু অমত্ত ওইনা খঙনবগী সাধন ওইবা কর্ম্ম, অখিলং (বিদুঃ)= পূম্নমকপুস্থ নীংথিনা খঙই ॥ ২৯ ॥

**অপুনবা অর্থ** — ভক্ত ওইবশিংহুনা সগুণ-সাকার পরব্রহ্মগী মশক ওইবা কৃষ্ণ ঐঙোন্দা চঙজহুনা অহল ওইবা অমস্থং শিবদগী নান্থোক্লবগীদমক ভক্তিনচিংবা তৌহুনা হোৎনৈ, অসিগুম্বা ভক্ত মখোয়না অশেংবা নিগুণ নিরাকার ব্রহ্মগী মশক ওইবা কৃষ্ণ ঐবু শংশঙনা খঙই, হকচাংগা মরী লৈনবগুম তৌনা লৈবা আত্মাবু শীনথুংনা লৈবা অগত্তনি হায়না শংশঙনা খঙই অদুগা ব্রহ্ম অমস্থং আত্মাবু অমত্ত ওইনা খঙনবগী সাধন ওইবা শ্রবণ মনন নচিংবা কর্ম্ম পূম্নমকপুস্থ নীংথিনা খঙই ৷ ২৯ ৷

### অথূপ্পা বা

সংসারসি অরাবগী মশকনি হায়বসিদা করিমত্ত চিংনকম লৈতে। অহবু পুক্রীং লৈতানা থমদবা অপঙবা মী-শিংনা অরাববুস্থ মুংঙাইবনি খন্দুনা মহু ফংনবা অহিং মু থিল নাইদনা অমস্থং অফ কত্ত য়েংদনা হোৎনহুনা পুন্সি অরেম্বদা লেল্লিবনি। খূদম ওইনা হায়রগা অহল ওইরবা মতমদা মীনা কয়ামুক য়াম্না অরাবা ফংই হায়বসিগী মরমদা বুদ্ধি লৈতানা অমুক্তং খন্দুনা য়েংলবদি মীনা নীংথিনা খঙবা ঙমগনি। মসিগী মরমদা ভর্তৃ হরিনা বৈরাগ্যশতকতা অস্থুম্না ইরি—

গাত্রং সংকুচিতং গতির্বিগলিতা ভ্রষ্টা চ দন্তাবলিঃ
দৃষ্টির্নশ্যতি বর্দ্ধতে বধিরতা বক্ত্রঞ্চ লালায়তে।
বাক্যং নাদ্রিযতে চ বান্ধব জনো ভার্য্যা ন শুশ্রূষতে
হা কষ্টং পুরুষস্য জীর্ণবয়স পুত্রোঽপ্যমিত্রায়তে॥

"অহল ওইবা মীগী হকচাং (উনশা) খুইজিল্লী, চৎপগী খোঙথাং কায়, য়া পূম্নমকস্থ তেকখোকখি, মীৎয়েং মাঙই হায়বদি মীংথিনা উবা ঙমদে, না পংবস্থ (না তাদবস্থ) হেনগৎলকই, চীনদস্থ তিল চোহুনতা লৈ, ঈমুং মনুংগী মী-শিংনা মাগী মরা অমত্তস্থ তাবিদে, মূপীনস্থ মাগী সেবা (নীংথিনা) তৌবিদে মচানস্থ য়েক্লবগুম্না লমচৎ চৎলী, হায় হায়! অহল ওইরবা মীগী অরাবনু করি অমুক হায়গনি?"

শিবা অসিগীদি থবারপানবা পুম্নমক্না কিহনা লৈনরিবনি। মরম অসিনা জন্না-মরণ-অচিংবেলদগী নাহোক্নবা উপায় শ্রীকৃষ্ণগী চরণদা চঙজহনা মাগী ভক্তি তৌজবা মত্তমা অতোপ্পা উপায় অমা লৈতে। ইবুঙো মশোন্দা চঙজররবতদা মহাক্না জ্ঞানযোগ পীবিহনা মীনা অরান খুবম ফংহনা ইবুঙো মশোন্দা তিনবা ঙমগদবনি। মাগী ভক্তি তৌরিবা মীবু মানা জ্ঞানযোগ পীবি হায়বসিদি তুংদা অস্নুম্না তাকনি—

তেষাং সততযুক্তানাং ভজতাং প্রীতি পূর্ব্বকম্।
দদামি বুদ্ধিযোগং তং যেন মামুপজান্তি তে॥

(গীতা ১ । ১০)

'পূর্ন্নীং পেম্না কৃষ্ণ ঐগী ভক্তি তৌজহনা লৈবা মী শিংবু কৃষ্ণ ঐনা জ্ঞানযোগ পীবি, মহুদগী মখোয় কৃষ্ণ ঐগোন্দা তিনজৈ (কৈবল্য মোক্ষ ফংই)।"

মসিবু শ্রীভগবান্না উদ্ধবকী মফমদস্নু অস্নুম্না তাকই—

জীবো জীববিনিমুক্তো গুণৈশ্চাশযসংভবৈঃ।
ময়ৈব ব্রহ্মণা পূর্ণো ন বহির্নান্তরশ্চরেৎ॥

(ভাগ ১১।২৫।৩৬)

"জীবসি মোক্ষ ফংবা মতমদা জীব ওইবা থাদোক্নমা অমস্নুং অন্তঃকরণদগী পোকপা গুণ (অরা-মুংঙাইনচি বা) পুম্নমকপুস্ন থাদোক্নমা পরব্রহ্ম ওইবা কৃষ্ণ ঐগা লোয়ননা তিনবদগী থম্না শীন থুংনা লৈ, মপাল মত্রগা মমুংগী কন্নিগুম্বা বিষয় অমদা হম্না চত্তে।"

মসিদ মত্তমা আত্মাসিমক্তবু পরব্রহ্মনি লৌদুনা অস্নুম্না হায়রি—

আত্মৈব তদিদং বিশ্বং সৃজ্যতে সৃজতি প্রভূঃ।
ত্রায়তে ত্রাতি বিশ্বাত্মা হ্রিয়তে হরতীশ্বরঃ॥

(ভাগ ১১।২৮।৬)

"প্রভু আত্মানা মশামকপু লেঙলি পাল্লিবা তাইবঙ অসি ওইনা শাই (তাইবঙসি আত্মা মশামক্নি অহুগা মসিবু শাবস্নু মশামক্নুনি) তাইবঙগী মওঙ ওইনা লৈবা মশামকপু মশামক্না ঙাকই অহুগা মহাপ্রলয়গী মতমদা তাইবঙ ওইনা লৈবা মশামকপু মশামক্তা খোমজিন্নী।"

তস্মান্ন হ্যাত্মনোঽন্যস্মাদন্যো ভাবোনিরূপিতঃ।
নিরূপিতেবং বিবিধা নির্মূলা ভাতিরাত্মনি।
ইদং গুণময়ং বিদ্ধি ত্রিবিধং মায়য়া কৃতম্॥

(ভা° ১১।২৮।৭)

"মরম অসিদগী আত্মাসিদগী অতোপ্পা অমা ওইনা শাস্ত্রনা তাকখিবা করিগুম্বা অতোপ্পা পোৎ অমত্ত লৈতে। আত্মাসিদা আধ্যাত্মিক, আধিদৈবিক অমসুং আধিভৌতিক অহুম অসি মরম (কারণ) লৈতনা উবনি। অহুমসিবু মায়ানা শেম্বা গুণ অহুমগী মশক্তি হায়না খঙউ।"

মসি পূন্নমকসিবু শ্রীভগবাননা উদ্ধবকী মকমদা পরমার্থ কন্নিনো তাকুনা হায়বনি। মরম অসিনা মায়াবাদপু য়াদবা অমসুং পরমার্থতত্ত্ব য়াবা মী শিংবসু মকোক ওইবা প্রমাণ ওইনা য়ানরিবা শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণদা শ্রীভগবাননা হায়রিবা ৱাকমশিংসিদা বিচার তৌফম থোকই ॥ ২৯ ॥

মতৌ অসুম্না মতুংগী অধ্যায়দা অর্জুননা হংগদবা ৱাহ শিংগী বিষয ওইবা ৱাশিংবু সূত্রপাত তৌহুনা হাযরগা অধ্যাযসিবু লোইশিল্লি—

সাধিভূতাধিদৈবং মাং সাধিযজ্ঞং চ যে বিদুঃ।
প্রাযাণকালেঽপি চ মাং তে বিদুর্যুক্তচেতসঃ ॥ ৩ ॥

ইতি শ্রীমদ্ভগবদগীতাসূপনিষৎসু ব্রহ্মবিদ্যায়াং যোগ শাস্ত্রে শ্রীকৃষ্ণার্জুন সংবাদে
জ্ঞানবিজ্ঞান যাগো নাম সপ্তমোঽধ্যায় ।

অন্বয ব্যাখ্যা —যে=ভক্ত ওইবশিংহুনা, মাং=সাক্ষাৎ পরব্রহ্ম কৃষ্ণ ঐবু সাধিভূতাধিদৈবং= অধিভূত অমসুং অধিদেবগা লোয়ননা, চ=অহুগা, সাধিযজ্ঞ=অধিযজ্ঞগা লোযননা বিদুঃ= উপাসনা তৌহুনা খঙই চ=মতৌ অসুম্না যুক্তচেতস=মতম পূন্নমক্তা কৃষ্ণ এচোন্দা পুক্নীং থিংজিন্দুনা লৈবা তে=ভক্তশিং মখোয়হুনা, প্রয়াণকালে অপি=শিরমদাইগী মতম ফাওবদসু, মাং=কৃষ্ণ ঐবু বিদুঃ=নীংশিংহুনা লৈ ॥ ৩০ ॥

অপুনবা অর্থ — ভক্ত ওইবশিংহুনা সাক্ষাৎ পরব্রহ্ম কৃষ্ণ ঐবু অধিভূত অধিদৈব অমসু অধিযজ্ঞগা লোযননা নী অহুনা খঙই মতৌ অসুম্না মতম পূন্নমক্তা কৃষ্ণ এচোন্দা পুক্নীং থিংজিন্দুনা থম্নিবা মখোয়শিংহুনা শিরমদাই ফাওবদসু কৃষ্ণ ঐবু কাউদনা নীংহুনা লে ॥ ৩ ॥

## অথুপ্পা বা

মতম কুইনা অহানবদগী হৌনা অভ্যাস তৌত্রবদি শিরমদাই য়ৌরবদা শ্রীভগবানবু নীংহুনা শিবসি অরায়বা নত্তে। হকচাং কল্লিঙৈগী মতম ফাওবদসু অভ্যাস তৌদবা মীনা ঙহাক্তং ফাওবা মাগী পুক্নীংহবু কাজিন্দুনা লাই নীংবা ঙমদে। ফীবমসিদা শিরমদাইগী মতমগীদি করি অমুক হায়গনি? শিরমদাইদা মীৎ, নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয় পূন্নমক্না মাগী মাগী মথৌ ওইবা থবক পূন্নমক থাদোক্নুনা অন্ত করণদা (মনদা) তিন্দুনা লৈ, অদুগা মন অহুনা হান্নগী অভ্যাসকী মতুং ইন্না শ্রীভগবানবু নীংনা নীংনা থরায় থাদোকই, মসিনি অভ্যাস তৌহুনা লৈবা মীগী শিবগী মওং। মহুদা অন্ত করণ মশামকসু প্রারব্ধ কর্ম্ম লোইবা মতম অহুমক্তদা মতম পূন্নমকীদমক মাঙখিহুনা

মাগা শম্নবগুম তৌনা লৈয়ম্বা চিদানন্দ অহংস্থু মাগী অশেংবা মশক সাক্ষাৎ পরব্রহ্ম শ্রীকৃষ্ণদা তিন্নী। মহৈদগী মহাক অমুক হন্না পোক্তে।' মসিবু শাস্ত্রনা কৈবল্য মোক্ষ হায়না কৌই। মসি ফংলবতদা মীওইবগী হকচাং অসি ফংবগী অশেংবা মহৈ য়াবগদবনি। মরম অসিনা মীওইবগী মপোক অসিবু লেমনা মাংদনবা হোৎনবসি শ্রীভগবানগী ভক্ত ওইবা মী পুম্নমক্কী অথোইবা মথৌনি। অহৈগা শ্লোক অসিদা হায়খ্রিবা অধিভূতনচিংবা য়াহৈশিংগী অর্থদি মতুংগী লাকদবা অধ্যায়দা শ্রীভগবান্না অর্জুনা হংলকপগী মতুং ইন্না তাকনি ।৩০।

মতৌ অসুম্না শ্রীভগবান্না শকপা উপনিষৎশিংদা ব্রহ্মবিদ্যাগী মশক ওইবা যোগশাস্ত্রগী মমুংদা অর্জুন অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী য়াহং পাউখুম ওইবা ডাংবদা "জ্ঞান বিজ্ঞান যোগ" কৌবা তরেৎশুবা অধ্যায়গী স্বামী যোগেন্দ্রনন্দ গিরিনা ইবা অথুপ্পা য়াগা লোয়নবা অন্বয় ব্যাখ্যা লোইরে ॥ ৭ ॥

—ॐ—



# শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতা

( অষ্টমোঽধ্যায়ঃ )

নীপানশুবা অধ্যায

"শ্রীগীতামৃতগুরবে নমঃ"

নীপানশুবা অধ্যাযসিগী মমিং "অক্ষরব্রহ্মযোগ" নি। অধ্যায় অসিদা পরব্রহ্মনচিংবগী অশেংবা মশক কৱিনো অসিনচিংবা তাকুনা মোক্ষ পাম্বা মী শিংনা শিরমদাইদা কৱি তৌবা হৌবৈ অমসুং কনাগী ধ্যান তৌগদগে অসিনচিংবা পুম্নমকসিগী মীংথিনা বিচার তৌগনি। মতুংদা মথকী অধ্যায়গী হায়রদি তরেংশুবা অধ্যায়গী অরোইবদা "তে ব্রহ্ম তদ্বিদুঃ" নচিংবা শ্লোক অমা মথায়দা ( শ্লোক ২৯ অমসুং ৩ ) ব্রহ্মনচিংবা খঙগদবা পোং তরেংথক শ্রীভগবান্না হায়খিবসিংবু মীংথিনা অমসুং শুগায়না খঙনী হুনা অর্জ্জুন্না অহংনা হংই—

অর্জ্জুন উবাচ

কিংতদ্ব্রহ্ম কিমধ্যাত্মং কিং কর্ম্ম পুরুষোত্তম।<br>
অধিভূতঞ্চ কিং প্রোক্তমধিদৈবং কিমুচ্যতে ॥ ১ ॥<br>
অধিযজ্ঞঃ কথং কোঽত্র দেহেঽস্মিন্মধুসূদন।<br>
প্রয়াণকালে চ কথং জ্ঞেয়োঽসি নিয়তাত্মভিঃ ॥ ২ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা°— অর্জ্জুন উবাচ—অর্জ্জুন্না হায়জখি (হংজখি)— পুরুষোত্তম=নুপাশিংগী মনুংদা খ্বাযদগী অথোইবা হে কৃষ্ণ! (মহাক্না মথক্না হায়খিবশিংচুগী মনুংদা) তং ব্রহ্ম—ব্রহ্মহ কিং—কৱিনো? (সগুণলা নত্রগা নির্গুণলা?', অধ্যাত্মং কিং—অধ্যাত্মনা কয়ম্বনো? কর্ম্ম কিং=("কর্ম্ম পুম্নমক" অহংনা হায়খিবহৃদা) কর্ম্মহ কৱিনো? অধিভূতং কিং প্রোক্তং—অধিভূত কৱিবু কৌবগে? চ—অহুগা অধিদৈবং কিং উচ্যতে—অধিদৈব কৱিবু হায়বগে? ॥ ১ ॥ মধুসূদন—মধু কৌবা হিংচাববু হাৎপা হে ভগবন্। অস্মিন্ দেহে—হকচাং অসিদা, অধিযজ্ঞ কঃ—অধিযজ্ঞ কনানো? অত্র কথং—মসিদা (হকচাংদা) কয়ম্না মহাক খঙগদবা ওই? চ—অহুগা, প্রয়াণকালে=হকচাংসিদগী চৎলমদাইগী মতমদা হায়রদি শিরমদাইদা, নিযতাত্মভি—পুক্নীং লেঙদনা থম্বা ভক্তরা মীশিংনা, কথং=কয়ম তৌনা, জ্ঞেয় অসি—নহাকপু খঙগদবা ওই ॥ ২ ॥

**অপুনবা অর্থ :—** অর্জুননা হংজখি—হে পুরুষোত্তম! খঙগদবা ব্রহ্মহ্ করিনো? অধ্যাত্মনা করম্বনো? কর্ম্ম করিনো? অধিভূত করিবু কৌবগে? অদুগা অধিদৈব করিবু হায়বগে? ।১। হে মধুসূদন! হকচাংসিদা অধিযজ্ঞ কনানো মসিদা (হকচাংদা) মহাক করম্না খঙগদবা ওই? অদুগা শিরমদাইগী মতমদা পুক্নীং লেঙদবা থন্না মী শিংনা করম্ তৌনা নহাকপু খঙগদবা ওই? ।২।

## অথুপ্পা বা

অর্জুননা হংলিবা বাহং তরেং অসিগী অথুপ্পা অভিপ্রায়দি মসিনি—(১)—"দ্বে বাব ব্রহ্মণোরূপে মূর্ত্তঞ্চৈবাঽমূর্ত্তঞ্চ" (বৃ উ ২।৩।১) "ব্রহ্মগী মুত্ত অমস্তং অমূর্ত্ত অনীথোক্না মশক মতৌ লৈ" হায়না তাকপা নরমদগী শ্রীভগবান্না হায়রিবা খঙগদবা ব্রহ্মসি মূর্ত্ত ব্রহ্মরা? নত্রগা অমূর্ত্ত ব্রহ্মরা? অসুম্না হংবনি। মায়াবু উপাধি ওইনা লৌদুনা সগুণ নিরাকার নত্রগা সগুণ সাকার ওইনা লৈবা ব্রহ্ম মূর্ত্তনি অদুগা মায়া উপাধি য়াওদনা অশেংবা মওঙদা লৈবা নির্বিশেষ নিরাকার ব্রহ্ম অমূর্ত্তনি। মরম অসিনা অনীসিগী মনুংদা খঙগদবা ব্রহ্মহ্ করম্বনো হংবনি। (২)—আত্মানং=শরীরং অধিকৃত্য বর্ত্ততে ইতি অধ্যাত্মম্"— "হকচাংবু লৌরগা মদুদা লৈবসি অধ্যাত্মগী অর্থনি। মরম অসিনা হকচাংসিদা চঙদুনা লৈরিবা মীং নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংবু অধ্যাত্ম হায়রিবরা নত্রগা আত্মাবু অধ্যাত্ম হায়রিবরা? মসি অর্জুনগী অনীশুবা বাহংগী অভিপ্রায় নি। (৩)— কর্ম্ম চাঽখিলম্" (৭।২৯) হায়খিবদুদা— বিজ্ঞানং যজ্ঞং তনুতে কর্ম্মাণি তনুতেঽপি চ" (তৈ উ ২।৫।১)—"বিজ্ঞাননগী মশক ওইবা আত্মনা (জীবনা) যজ্ঞবু শন্দোকই অমস্তং কর্ম্মশিংবুসু শন্দোকই" হায়বসিগী মতুং ইন্না যজ্ঞগী মশক ওইবা কর্ম্মবু লৌবরা নত্রগা মদুদগী অতোপ্পা কর্ম্মশিংবু লৌবরা, নত্রগা অনীমক পুন্না লৌবরা? অসুম্না হংবনি। (৪)— ভূতানি অধিকৃত্য যৎ কিঞ্চিৎ বর্ত্ততে তৎ অধিভূতম্"— ভূতশিংবু লৌদুনা মথোয়দগী ওইরকপা পোৎশিংবু অধিভূত কৌই। মদুদা পৃথিবীনচিংবা অফাওবা ভূত মঙাবু লৌদুনা মথোয়গী থবকশিংবু লোয়নবা হায়বরা নত্রগা অচৎ চত্ত তাইবঙ পুম্নমকপু লোয়নবা লৌদুনা অধিভূত হায়বরা? অসুম্না হংবনি। (৫)— দেবান্ অধিকৃত ধ্যানং বর্ত্ততে ইতি অধিদৈবম্"—"দেবতাশিংবু লৌদুনা ধ্যান তৌবসি অধিদৈবনি। মদুদা ইন্দ্র, আদিত্যনচিংবা দেবতাশিংবু ধ্যান তৌবগা লোয়নবা হায়বরা নত্রগা দেবতা পুম্নমকতুগী মনুং চন্দুনা লৈবা অমত্ত ওইবা চেতন অদুমক্তবু ধ্যান তৌবগা লোয়নবা হায়বরা? মসি অর্জুনগী বাহংগী অথুপ্পা বানি। (৬)—"যজ্ঞং অধিকৃত্য বর্ত্ততে ইতি অধিযজ্ঞ."— "যজ্ঞগী মপু ওইদুনা লৈরিবা অদুবু অধিযজ্ঞ কৌই।" মদুদি ইন্দ্রনচিংবা দেবতাশিংসু মপু ওইবা য়াই নত্রগা পরমাত্মা পরমেশ্বরসু মপু ওইবা য়াই। মরম অসিনা অনীসিগী মনুংদা অধিযজ্ঞ কনানো অদুগা মদুবু হকচাংসিদা উপাসক ওইবা ঐগা অমত্ত ওইনা খন্দুনা

---

অভিপ্রায়=উদ্দেশ্য, অর্থ, মীংবা নত্রগা মত, ভাব।

ধ্যান তৌগদবা নত্রগা ঐঙোন্দগী ত্তোপ্পা থন্দুনা ধ্যান তৌগদবা ? হায়বা অসি থঙনী,হুনা অর্জুনা হংবা বাহ নি। (৭) শিরমদাই য়ৌরহুনা চৎকদবগী থৌরা, তৌবদা মীৎ, মাকোং, মব অসিমচিংবা ইন্দ্রিয় পূম্নমক য়াম্না লাঙতকুহনা লৈ, মতম অহুদা কনা অমত্তনু তপথনা লৈতে, ফীবম অসিদা পূক্নী, লেওদনা থমহনা ইবুংঙো নহাকপু কনানা ধ্যান তৌবা ঙমগনি ? মসিদি ওইথোক্তবগুম থোকই হায়না অর্জুনা হংবনি।

মসিদা অর্জুনা পুরুষোত্তম অমসু মধুসূদন হায়না অনীরক হন্না কৌবগী মরমদি, কৃষ্ণ। ইবুংঙো নহাক্তি নুপাশিংগী মনুংদা থায়দগী অথোইবনি। মরম অসিনা অর্জুন ঐনা হ জবিবা বাহংশিংগী অয়েপ্পা পাউথুম ইবুংঙো নঙনা শোয়দনা পীবিগনি অহুগা ইবুংঙো নঙদি মধুমচিংবা কন্তবা হিংচাবশিংবু হাৎলগা ভক্তশিংগী অৱাবা কোকহনবীবনি। মরম অসিনা নহাক্কী ভক্ত ওইবা অর্জুন ঐগী নুংদা অৱাবা পীহুনা লৈবা অমসুং মধু হিংচাবগী মশক ওইবা অজ্ঞান অসিবু মাঙহনবিহনা অর্জুন ঐবু ইবুংঙো নহাক্না অৱাবদগী শোয়দনা লান্থোকপিগনি হায়বা অথুপ্পা বানি ॥ ১, ২ ॥

অর্জুনগী বাহং তরেৎ অসিগী পাউথুম শ্রীভগবান্না শ্লোক অহুমদা পী , মহুদসু মথং মনাও মাইনা অহানবা বাহং অহুমগী পাউথুম অমুম্না পীরি—

শ্রীভগবানুবাচ

অক্ষরং ব্রহ্ম পরমং স্বভাবোহধ্যাত্মমুচ্যতে।
ভূত ভাবোদ্ভবকরো বিসর্গ কর্ম্মসংজ্ঞিত ॥ ৩॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা :**— শ্রীভগবান উবাচ — শ্রীভগবান্না হায়খি (পাউথুম পীখি)—অক্ষরং — অমাঙ অতাক লৈতনা শীনথুংবা লৈবা, পরম = থায়দগী অথোইবহ ব্রহ্ম — ব্রহ্মনি, স্বভাব = মশামক্কী মশক ( স্বরূপ ) ওইবা আত্মাবু, অধ্যাত্মং উচ্যতে — অধ্যাত্ম কৌই, ভূতভাবোদ্ভবকর =( ভূতানা = স্থাবরজঙ্গমানাং ভাব = উৎপত্তি , উদ্ভব = বৃদ্ধি তয়ো কর — সম্পাদক )— অচৎ চত্ত তাইবঙ পূম্নমক্কী পোকপা অমসুং চাওখৎপগী মরম ওইবা, বিসর্গ =( দেবতোদ্দেশেন দ্রব্যত্যাগঃ )=দেবতা শিংগীদমক দ্রব্যত্যাগ তৌববু (পোৎ পীববু হায়বদি যজ্ঞ তৌববু ), কর্ম্মসংজ্ঞিত — কর্ম হায়না কৌই ॥ ৩॥

**অপুনবা অর্থ :**— শ্রীভগবান্না পাউথুম পীখি— অমাঙ-অতাক লৈতনা শীনথুংবা লৈবা অমসুং থায়দগী অথোইবহ ব্রহ্মনি মশামক্কী মশক ওইবা আত্মাবু অধ্যাত্ম কৌই অহুগা অচৎ-চত্ত তাইবঙ পুম্নগী পোকপা অমসুং চাওখৎপগী থৌদোক থোকহল্লিবা যজ্ঞনচিংববু কর্ম হায়না কৌই ॥ ৩॥

**অথুপ্পা বা**

থঙপদবা ব্রহ্মহ সবিশেষরা নত্রগা নির্ব্বিশেষরা হায়না অর্জুনা হংখিবা অহুদা শ্রীভগবান্না মহুগী পাউথুম নির্ব্বিশেষনি ( নিরাকার নিগুর্ণনি ) হায়না পীরি। মরমদি পাউথুম অসিদা ব্রহ্মগী

বিশেষণ ওইনা "অক্ষর" অমসু, "পরম" হায়বা অনীসি পীরি। অনীসি সবিশেষ ( সগুণ ) ব্রহ্মগী বিশেষণ ওইবা য়াদে। শ্রুতিদসু যাজ্ঞবল্ক্যনা গার্গীগী মফমদা হায়রি—"এতদ্বৈ তদক্ষরং গার্গি ব্রাহ্মণা অভিবদন্ত্যস্থূলমনণ্বহ্রস্বমদীর্ঘম্ "( বৃ উ ৩।৮।৮ ) "হে গার্গী! আত্মাসিদগী খেন্নবা নৈতবা অক্ষর ব্রহ্মসু ব্রহ্মজ্ঞানীশিংনা অসুম্না হায়— মহৎ অপোবা নত্তে অকুপ্পা নত্তে অতেনবা নত্তে অশাংবা নত্তে—" "এতস্য বা অক্ষরস্য প্রশাসনে গার্গি সূর্য্যাচন্দ্রমসৌ বিধৃতৌ তিষ্ঠতঃ— ( বৃ উ ৩।৮।৯ ) "অক্ষর ব্রহ্মসিগী শাসনদা নুমিৎ থা অনীমক মাগী মাগী মফমদা লেঙদনা লৈরিবনি।" "যো বা এতদক্ষরং গার্গ্যবিদিত্বাঽস্মাল্লোকাৎ প্রৈতি স কৃপণোঽথ য এতদক্ষরং গার্গি বিদিত্বাঽস্মাল্লোকাৎ প্রৈতি স ব্রাহ্মণ " ( বৃ উ ৩।৮। )— হে গার্গী। মীওইনা অক্ষরব্রহ্মসিবু খঙদনা হকচাংসিবু থাদোক্লবা শিখি অদুগুম্বা মহাক কৃপণনি ( অমীকপা অজ্ঞানীনি ) অদুগা খঙদুনা শিখিবা মীদি ব্রাহ্মণনি ( ব্রহ্মজ্ঞানীনি ) "তদ্বা এতদক্ষরং গার্গ্যদৃষ্টং দ্রষ্টৃশ্রুতং শ্রোতৃ এতস্মিন্নু খল্বক্ষরে গার্গ্যাকাশ ওতশ্চ প্রোতশ্চেতি ( বৃ উ ৩।৮।১১ )— হে গার্গী! আত্মা অসিদগী খেন্নদবা অক্ষর ব্রহ্মসি মীৎনা উবা য়াবা নত্তে অদুবু মহাক অয়েংবনি নাকোংনা তাবা য়াবা নত্তে, অদুবু মহাক অতাবনি হে গার্গী অক্ষর ব্রহ্মসিদা লেপ্লমক আকাশ অসি ময়ান তুয়ান্না ( তোংশিন্দুনা ) লৈরিবনি। অতোপ্পা শ্রুতিদসু অসুম্না হায়রি— "মায়াতীতং গুণাতীতং ব্রহ্ম" ( ত্রি ম উ ১।১ )— "মায়াদগী হাংদনা লৈবা অমসু গুণ লৈতবনি ব্রহ্মনি" মরম অসিনা শ্রীভগবান্না খঙগদবা ব্রহ্মবু "অক্ষর" অমসু "পরম বিশেষণনা নির্ব্বিশেষ ব্রহ্মনি হায়বসি তাকই। অদুগা মফমসিদা ওমিত্যেকাক্ষরং ব্রহ্ম ( ৮।১৩ ) অসুম্না লাক্কদোরিবা শ্লোকসিগী মতুং ইন্না অক্ষরগী অর্থ ওকার ওইনা তৌবা য়াদে। মরমদি মসিদা ওকার ব্রহ্মগী বিশেষণ অক্ষর গী অর্থ ময়েকনি ( Letter ), মাও তাকপা নৈতবা' শাংবা অর্থ নত্তে অদুগা ওকারদা পরম বিশেষণসু শীজিন্নবা য়াদে। মরম অসিনা নির্ব্বিশেষ ব্রহ্মদবু মফম অসিদা লৌগদবনি।

অদুগা অনীশুবা হায়বগী পাউখুমদা "অধ্যাত্ম হায়রিসিনা চেতন আত্মাবু লৌগদবনি মীৎ, নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংবু লৌরোইদবনি হায়বসিবু শ্রীভগবান্না "স্বভাব হায়রিনা তাকই। মরমদি স্বভাবকী অর্থ মশাগী মশক্তি ( স্বরূপনি ), মীৎ, নাকোংনচিংবসিদি কনাগুম্বগীসু মশাগী মশক ওইবা য়াদে। মতৌ অসুম্না শ্রীভগবান্না কর্ম্মবুসু যজ্ঞগী মশক ওইবা কর্ম্ম লৌগদবনি অমসু, অতেপ্পা কর্ম্মশিংবু লৌরোইদবনি হায়বসি তাকই। মরমদি তাইবঙগী পোকপা অমসু চাওখৎপসি দেবতাশিংবু পীবা যজ্ঞদগী ওই, মৈদা হোম পীবা ওাক্তনা যজ্ঞ ওইদে, মৈ য়াওদনা দেবতাশিংগীদমক দান্ নচিংবা পীববুসু যজ্ঞ কৌই। মরম অসিনা মফম অসিদা মসিগী মমিং কর্ম্মনি ॥ ৩॥

মতৌ অসুম্না হৌজিক মথাগী হায়বা অহুমগী পাউখুম পীরি—

**অধিভূতং ক্ষরো ভাবঃ পুরুষশ্চাঽধিদৈবতম্।**
**অধিযজ্ঞোঽহমেবাত্র দেহে দেহভৃতাংবর ॥৪॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা।—** দেহভৃতাংবর—থৱায়পানবশিংগী মনুংদা অথোইবা হে **অর্জ্জুন!** ক্ষর—মাঙগদবা ভাব =পোক্লবা লৈবা পোৎ পুম্নমক, অধিভূতং—অধিভূতনি, চ=অদুগা পুরুষ = পুম্নমক্তা থন্ন লৈবা হিরণ্যগর্ভ (ব্রহ্মা) অধিদৈবতং—অধিদৈবতনি (আদিত্যনচিংবা দেবতা পুম্নমকী মপু ওইদুনা মীৎনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংগী অধিষ্ঠাতা দেবনি), অত্র দেহে=মীওইবগী হকচাংসিদা, অহং এব—শ্রীভগবান বাসুদেব ঐমক বিষ্ণু ওইবা, অধিযজ্ঞ—অধিযজ্ঞনি।৪।

**অপুনবা অর্থ:—**থৱায়পানবশিংগী মনু দা অথোইবা **অর্জ্জুন!** পোক্লবা লৈবা মাঙগদবা পোৎ পুম্নমক অধিভূতনি, পুম্নমক্তা থন্ন লৈবা হিরণ্যগর্ভ অধিদৈবতনি অদুগা মীওইবগী হকচাংসিদা বাসুদেব ঐমক বিষ্ণু ওইবা অধিযজ্ঞনি ॥৪॥

**অথুপ্পা বা**

মসিদা অধিভূতগী অর্থ পৃথিবীনচিংবা ভূত মঙাগী অপৌবা থবকশিংবু লৌরোইদবনি মদুগী মদুত্তা পোক্লবা লৈরিবা অচংচত্ত তাইবঙ পুম্নমকপু লৌগদবনি হায়বসিবু শ্রীভগবান্না তাকই। অদুগা অধিদৈবগী অর্থসু মক্ষম অসিদা পুরুষকী মশক ওইবা হিরণ্যগর্ভবু লৌগদবনি অমসুং ইন্দ্র আদিত্যনচিংবা অককবা দেবতাশিংবু লৌরোইদবনি। পুরুষকী অর্থদি—'পূর্ণমনেন সর্ব্বমিতি পুরুষ'—"পুম্নমক্তা থন্ন লৈবনি।" মদুদি হিরণ্যগর্ভগী মশক ওইবা আত্মানি। শ্রুতিনা মাবু পুরুষ কৌবগী মরম অসুম্না তাক্লি—"আত্মৈবেদমগ্র আসীৎ পুরুষবিধ° সোঽনুবীক্ষ্য নান্যদাত্ম নোঽপশ্যৎ, সোঽহমস্মীত্যগ্রে ব্যাহরৎ, ততোঽহংনামাঽভবৎ স যৎ পূর্ব্বোঽস্মাৎ সর্ব্বস্মাৎ সর্ব্বান্ পাপ্মন° ঔষৎ, তস্মাৎ পুরুষ" (বৃ উ ১।৪।১)— কল্পসিগী মমাঙদা (শ্বেতবরাহ কল্প চংলি) পৌনা উদ্বিবা তাইবঙ পুম্নমকসি পুরুষকী মওঙ ওইবা আত্মাগক্তা (হিরণ্যগর্ভমক্ত) ওইনা লৈরম্মী মহাক্তা মায়কৈ পুম্নমক্তা কোয়না য়েংবদা মশাদগী অতোপ্পা অমত্ত উরমদে, অদুগা ঈহান হায়বদা—"অহমস্মি"—"ঐ লৈ, ঐনি" অসুম্না হায়রমই, মদুদগী আত্মাসিগী মমিং "অহং" —"ঐ" ওইখি, মহাক্তা লেঙলি পাল্লিবা তাইবঙসি ওইত্রিঙৈগী মমাঙদা তপ তৌদুনা পাপ পুম্নমক চাকথেকখি, মরম অসিদগী মহাক (হিরণ্যগর্ভ ওইবা আত্মা) পুরুষনি। মসিদা "পুর গী অর্থ থায়না মমাংঙনি অদুগা 'উষঃ' গী অর্থ চাকথেকপনি। অসুম্না "পুর+উষঃ" অনীসি তিন্নগা পুরুষ ওইবনি। মতৌ অসুম্না হিরণ্যগর্ভ ওইবা আত্মানা পাপ চাকথেকখিবা মরমদগী মাগী মমিং পুরুষনি। অদুগা অকুপ্পা হকচাং পুম্নমকপু অমত্ত ওইনা লৌরগা মদুদা লৈবা অপুনবা জীবাত্মা পুম্নমকপু হিরণ্যগর্ভ কৌই। পুরাণগী লোলদা হায়রবদি মহাক মচীন (মমায়) মরি পানবা ব্রহ্মানি। মাগী মরমদা শ্রুতিনসু অসুম্না হায়রি—'ব্রহ্মা দেবানাং প্রথমঃ সংবভূব বিশ্বস্য কর্ত্তা

ভুবনস্য গোপ্তা" ( মু° উ° ১।১।১ )—"দেবতাশিংগী মনুংদ ব্রহ্মা খু য়দগী অহানবদা পোকই মহাক জগৎ পুম্নমক্কী শেম্বীবনি অমসুং য়োকপি-ঙাকপিবনি।" "হিরণ্যগর্ভং সমবর্ত্তাহগ্রে" ( ঋগ ১।১২১।১ )—"খ্বায়দগী অহানবদা হিরণ্যগর্ভ ফোঙদোকখি।"

ময়ম অসিনা শ্রীভগবান্না "পুরুষ" হায়বা রাহৈ অসিদগী মখম অসিদা ইন্দ্রিয় পুম্নমক্কী অধিস্থাতা ওইহুনা লৈব্রিবা হিরণ্যগর্ভবু অধিদৈবত ওইনা লৌগদবনি। অদুগা অধিযজ্ঞদসু ইন্দ্রনচিংবা দেবতাশিংবু লৌয়োইদবনি 'যজ্ঞো বৈ বিষ্ণু" ( তৈ স ১।৭।৯ )—হায়বা শ্রুতি অসিগী মতুংইন্না শ্রীভগবান বাসুদেবমক বিষ্ণু ওইনা হকচা সিদা লৈরগা যজ্ঞগী কর্ত্তা অমসুং ভোক্তা ওইবনি হায়বসি লৌগদবনি ॥ ৪ ॥

শিরমদাই মতমদা মীনা ইবুংঙো নহাকপু করম তৌনা খঙদূনা নীংপদবা ওই হায়ধা অরোইবা বাহংগী পাউখুম অসুম্না পীবা হৌই –

অন্তকালে চ মামেব স্মরন্মুক্ত্বা কলেবরম্।
যঃ প্রযাতি স মদ্ভাবং যাতি নাস্ত্যত্র সংশয ॥ ৫ ॥

অন্বয ব্যাখ্যা ঃ— চ = অদুগা য = মী অদুনা অন্তকালে=শিরমদাইগী মতমদা মাং এব = বাসুদেব ( কৃষ্ণ ) ঐমক্তবু স্মরন=( অহানবদা তৌরকপা অভ্যাসকী মতুং ইন্না ) সগুণ নত্রগা নিগুণ ওইনা নীংজদুনা কলেবরং মুক্তা = হকচাংশিবু থাদোক্লগা প্রযাতি = চংলী স = মহাক অদুনা, মদ্ভাবং=বাসুদেব ঐগী স্বরূপপু যাতি=ফংই অত্র=মসিদা সংশয় ন অস্তি=চিংনফম লৈতে ॥ ৫ ॥

অপুনবা অর্থ ঃ— অদুগা মী অদুনা শিরমদাইগী মতমদা বাসুদেব ( কৃষ্ণ ) ঐমক্তবু নীংজদুনা হকচাংসিবু থাদোক্লগা চংলী, মহাক অদুনা বাসুদেব ঐগী স্বরূপপু ফংই, মসিদা চিংনবা লৈতে। ৫।

অথুপ্পা বা

শিরমদাইগী মতমদা শ্রীভগবানবু নীংশিংদুনা লৈবসি অয়ায়বা রা নত্তে। হকচাং কল্পীদৈগী মতমদা চহী কয়ামুক হান্নদগী অভ্যাস তৌদুনা লৈরক্লবা মী অদুতনা মসি তৌবা ঙমগনি। মদুদসু সগুণ ব্রহ্ম নীংবা মী সগুণ ব্রহ্ম ফ গনি, অদুগা নিগুণ ব্রহ্ম নীংবা মীনা নিগুণ ব্রহ্ম ফংগনি। মরমদি ব্রহ্মগী রূপ (মশক) অসি অনীথোকনা খায়রি। মসিবু শ্রুতিনা অসুম্না তাক্লি— সগুণনিগুর্ণ স্বরূপংব্রহ্ম" ( ত্রি ম উ ১।১ )— "ব্রহ্মসি সগুণ অমসুং নিগুণ স্বরূপনি।" মদুদা নিগুণ স্বরূপসি মাগী অশে বা মশকনি অদুগা সগুণদি মায়া উপাধিনা মরম ওইদুনা ওইবা মশকনি, অশেংবা নত্তে। অদুগা বাসুদেব ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণমক পরব্রহ্মনি, মঙোন্দগী অতোপ্পা নত্তে, স্বপ্না মায়ানা হকচাং লৌবগুম তৌনা লৈবনি হায়বসিবু অহানবদা তাকখ্রে। মরম অসিনা সগুণ

উপাসকনা ( সগুণ মী৲বা মীনা ) শিরবা মতু৲দা সগুণ ভগবান্দা তিন্নবগী মশক ওইবা সাযুজ্য মোক্ষ ফংই অদুগা নিগুণ উপাসকনা ( নিগুণ মী৲বা মীনা ) কৈবল্য মোক্ষ ফংদুনা পরব্রহ্মদা তিল্লী। নিগুণ উপাসক শিরবা মতু৲দা অতোপ্পা লোক অমদা চত্তে, মহাক মফম অসিমক্তদা ব্রহ্মদা তিল্লী। মসিবু শ্রুতিনসু অসুম্না হায়রি— "ব্রহ্মৈব সন্ ব্রহ্মাপ্যোতি" ( মু উ ৪।৪।৬ )— "ব্রহ্মমক ওইদুনা ব্রহ্মদা তিল্লী।" "ন তস্য প্রাণা উৎক্রামন্তি অত্রৈব সমবলীয়ন্তে" (বৃ উ ৪।৪।৬) — "নিগুণ উপাসক জ্ঞানীদুগী শিবা মতমদা ইন্দ্রিয় পুম্নমক হকচা দগী চৎথোক্তে মফম অসিমক্তদা মখোয় পুম্নমক মাগী মাগী কারণদা ( মহু মহুদগী পোক্লকপা মফম্দা ) তিনখি।" মরম অসিনা সুপ্পা সগুণ উপাসকনা অর্চি নচি৲বা লম্বীদা ব্রহ্মলোক যাওবা চৎলী। মসিগী মরমদা তু৲দা নী৲থিনা বিচার তৌগনি ॥ ৫ ॥

শিরমদাইদা ইবু৲ঙো নহাকপ মী বা মীনা নহাকপু ফংই হায়রবদি নহাকপু নী৲দবা অমসু অতোপ্পবু নী৲বা মীনা করি ফংবগে চি৲নরবদা মহুগী পাউখুম পীরি—

যং যং বাপি স্মরন্ ভাবং ত্যজত্যন্তে কলেবরম্।
তং তমেবৈতি কৌন্তেয় সদা তদ্ভাবভাবিতঃ ॥ ৬॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — কৌন্তেয়—কুন্তীগী মচা হে অর্জুন! অন্তে=শিরমদাইদা মীদুনা, যং য বা=করিগুম্বা অমা নত্রগা অমা, ভাবং অপি=পোৎ অমসু ওইসনু মহুবু স্মরন—নী৲দুনা কলেবর =হকচা বু, ত্যজতি=থাদোকই অদুগুম্বা মী মহাক্না সদা=মতম পুম্নমক্তা, তদ্ভাবভাবিত —পোৎ অদুগী ভাবনানা হায়বদি সংস্কারনা চুখিদুনা, তং তং এব—পোৎ মহু মহুমক্তবু এতি—ফংই। ৬।

**অপুনবা অর্থ:**— কুন্তীগী মচা হে অর্জুন! শিরমদাইদা মী অদুনা করিগুম্বা পোৎ অমা নত্রগা অতোপ্পা অমবু নী৲দুনা হকচা৲বু থাদোকই, অদুগুম্বা মহাক্না মতম পুম্নমক্তা পোৎ অদুগী ভাবনানা হায়বদি সংস্কারনা চুখিদুনা মহু মহুগুম্বা পোৎ মহুমক্তবু ফংই ॥ ৬॥

**অথুপ্পা বা**

শিরমদাই মতমসি মীওইবা পোকপা জীবগীদি য়াম্না অথোইবা মতম্নি। মসি তু৲দা ফংগদোরিবা মপোক অদুগী ( ওইরুগদবা ফীবম ) লেপ্লবা মতম্নি। মসিদা মাম্না লেপ্পা অমসুং খনবা অদুগী মতু৲ ইন্না মপোক ফংগদবনি, লাই নী৲দুনা শিবদগী লাই ওইগনি, মুপী নী৲দুনা শিরবদি মুপী ওইগনি, সংসারগা অপান্বা করিগুম্বা পোৎ অমবু নী৲দুনা শিরবদি মহু ফংবা য়াবা হকচা লৌদুনা পোকদনা পোক্কনি। মরম অসিনা উপনিষদতসু অসুম্না হায়রি—"দেহাবসান সময়ে চিত্তে যদ যদ্বিভাবয়েৎ। তত্তদেব ভবেজ্জীব ইত্যেবং জন্মকারণম্।" ( যো শি উ ১।৩১ )—"হকচাংগী অরোইবা মতমদা হায়বদি শিরমদাইদা পুক্নীংদা নীংলিবা (খল্লিবা) অদুগী মতু ইন্না জীবনা মহু মহু ওই। মসি মতৌ অসুম্না পোকদবা হকচাংগী মরম ওই।" শ্রীমহাপ্রভুনা মহু৲দসু অসুম্না হায়রি—

যত্র যত্র মনো দেহী ধারযেৎ সকলং ধিযা।
স্নেহাদ্ দ্বেষাদ্ভযাদ্বাপি যাতি তত্তৎস্বরূপতাম্॥

(ভাগ ১১।৯।২২)

"হকচাংবু লৌদুনা লৈবা জীবনা মুংশিবদগী য়েংথিনবদগী নত্রগা কিবদগী করিগুম্বা অমসু ওইসনু মহুদা পুক্রীংবু মপুং ফানা থিংজিন্দুনা থম্লবদি জীব অদু মহ মহুগী মওঙবু শোয়দনা ফংই।"

মরম অসিনা সাধক ওইবা মীনা সংসারগী পোৎশিংবু নীবা থাদোক্লগা অহানবদগী হৌনা অভ্যাস তৌরগা শিরমদাইগী মতম ফাওবা ইবুঙো মাগী শ্রীচরণবু নীংনবা হোৎনগদবনি। মতম তৌবা ঙম্লবদি শিরবা তুংদা ইবুঙো মাগী শ্রীচরণদা তিনগনি হায়বসিদা করিমত্ত চিংনকম থোক্কে।৮।

মপোক অসিগী অরোইবা মতমদা নীংথিবা অদু লাকদবা মপোক্কী মরম ওই হায়বসি লেঙদবা নিয়মি মরম অসিনা মতম অদুদা শ্রীভগবানবু নীংবা ঙম্বা অসুম্না তাক্লি—

তস্মাৎ সর্ব্বেষু কালেষু মামনুস্মর যুদ্ধ্য চ।
ময্যর্পিতমনোবুদ্ধির্মামেবৈষ্যস্যসংশয়॥৭॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — তস্মাৎ = (শিরমদাইদা নীংথিবদু পোকপগী মরম ওই) মরম অসিদগী, সর্ব্বেষু কালেষু—মতম পুম্নমক্তা মা —পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐবু, অনুস্মর=তত্তবা নীংশিংহনা লৈযু চ—অদুগা যুদ্ধ্য—অর্জ্জুন নঙগী নথৌ লানসু শোকনৌ, মতৌ অসুম্না তৌরবদি—ময়ি=বাসুদেব কৃষ্ণ ঐঙোন্দা অর্পিতমনোবুদ্ধি —মন অমসুং বুদ্ধিবু কৎথোক্লগা নহাক্না, অসংশয় —চিংনবা লৈতনা মাং এব=কৃষ্ণ ঐমক্তবু এষ্যসি=ফংগনি॥৭॥

**অপুনবা অর্থ**ঃ— মরম অসিদগী কৃষ্ণ ঐবু মতম পুম্নমক্তা তত্তবা নীংশিংহনা লৈযু, অদুগা অর্জ্জুন নঙগী নথৌ লানসু শোকনৌ মতৌ অসুম্না তৌরবদি কৃষ্ণ ঐঙোন্দা মন অমসুং বুদ্ধিবু কৎথোক্লবা নহাক্না চিংনবা লৈতনা কৃষ্ণ ঐমক্তবু ফংগনি।৭॥

**অথুপ্পা বা**

শ্রীভগবান কৃষ্ণগী মবাকমক্তদা লৈব্রিবা অর্জ্জুনবু ইবুংঙো মানা অসুম্না হায়রি— নঙনা ঐবু নীংশিংহনা লৈরবদি ঐবু ফংগনি নত্রবদি ফংলোই, মরম অসিনা মতম পুম্নমক্তা ঐবু নীংশিংহনা লৈরগা শিরমদাইদসু নীশিংবা ঙম্বা হোৎনৌ অদুগা নথৌ ওইবা লানসু শোকনৌ, মহুদগী অন্ত করণ শেংহনা য়াম্না থুনা ঐবু নীংহনতা লৈবা ঙমগনি। মসিদা ঐথোয়না ব্যবহারগী মীৎয়েংদা য়েংহনা থল্লবদি অর্জ্জুনবদি শ্রীভগবান্বু মতম পুম্নমক্তা ফংহনা লৈ, শ্রীভগবান্দি নহাক্কী

মনাক্তা ফমদুনা সারথি ওইনা দোলায় থোহনা লৈরিবনি অসুম্না খঙগনি। অহুবু শ্রীভগবান্না অর্জ্জুন্দা হায়রিবসিদদি ব্যবহারগী মীৎয়েংদা নত্তে অশেংবা মীৎয়েংদা হায়বনি। অর্জ্জুন্না ফংলিবা কৃষ্ণ অহুদি মায়ানা শাহনা উৎপা (উহনবা) কৃষ্ণনি অশেংবা নত্তে, অশেংবদি তাইবঙ পুম্নমক্তা শীনথুংনা লৈবা অমসুং মাযানা শাবা কৃষ্ণহুগী মনুংদসু লৈবা সৎ চিৎ-আনন্দগী মশক ওইবা কৃষ্ণনি। অসিগুম্বা অশেংবা কৃষ্ণবু কংগে নীংবা মীনা অশেংবা কৃষ্ণ মাবু নীংজগদবনি। অহুবু মহাক নিরাকার ওইবা মরমদগী কনাগুম্বনা মাবু নীংজবা ঙমদবা থোক্লবদি পুক্নীংদা মাবু ফংনবা লেপ্লগা মায়ানা শাহনা উৎপা অমসুং সাকার ওইনা লৈরিবা কৃষ্ণহুবু নীংজগদবনি। মহুদগীসু অশেংবা কৃষ্ণ খংবা ঙমগনি। শ্রীভগবান কৃষ্ণনা অর্জ্জুনবু হাযবা অসিগুম্না নারদগী মফমদসু অসুম্না হায়রি—

একাগ্রমনসা যো মাং ধ্যায়তে হরিমব্যয়ম্।
হৃৎপঙ্কজে স্বাত্মানং স মুক্তো নাত্র সংশয় ॥
মদ্রূপমদ্বয়ং ব্রহ্ম আদিমধ্যান্তবর্জিতম্।
স্বপ্রভং সচ্চিদানন্দং ভক্ত্যা জানাতি চাঽব্যয়ম্ ॥

(বাসুদেবোপনিষৎ—১)

"মী অহুনা পুক্নীং অনী লোঙদনা থম্মে য থম্বালদা অমাঙ-অতা লৈতবা অমসুং মশামক্কী আত্মা ওইবা হরি ঐবু ধ্যান তৌই (নী ই) মংাক অহু মুক্ত ওই হায়বসিদা চিংনবা লৈতে। অহুগা মহাক অহুনা ভক্তি তৌজবনা মরম ওইহুনা বাসুদেব কৃষ্ণ ঐগী অনীগুবা লৈতবা, অহোবা ময়ায়, অরোইবা (পোকপা হিংবা শিবা) নাইদবা হায়বদি ঙমথৈ লৈতবা মশা মতোমদা ঙান্নুনা লৈবা সৎ চিৎ আনন্দ ওইবা অমসুং ময়েং তাবা লৈতবা (মতম পুম্নমক্তা অমত্ত ওইনা চপ মান্ননা লৈবা) অশেংবা মশক ব্রহ্মবু খঙই।"

মতৌ অসুম্না খঙলগা কৃষ্ণ ফংবহু অশেংবা ফংবনি মাগী মায়িক মূর্ত্তি য়েংহুনা খঙবহু অশেংবা খঙবা নত্তে। মরম অসিনা শ্রীভগবান কৃষ্ণনা মাগী অশেংবা মশক খঙহুনা মাবু ফংনবগীদমক মাবু নীংনবা হোৎনৌ হায়না তাকপনি ॥ ৭ ॥

মতৌ অসুম্না বাহং তরেংগী পাউখুমশিং পীরগা শিরমদাইদা ইবুংঙো মাবু নী বদগী মাবুদবু ফংই হায়বসিবু হৌজিক শন্দোকনা শ্লোক অহুমদা তাক্লি—

অভ্যাসযোগযুক্তেন চেতসা নাঽন্যগামিনা।
পরমং পুরুষং দিব্যং যাতি পার্থাঽনুচিন্তয়ন্ ॥ ৮ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— পার্থ=পৃথা (কুন্তী) গী মচানুপা হে অর্জ্জুন। অভ্যাসযোগযুক্তেন= অভ্যাসকী মশক ওইবা যোগগা লোয়নরবা (যোগ তৌরিবা), ন অন্যগামিনা=কৃষ্ণ ঐবু থাদোক্তুনা অত্তোপ্পা অমদা চত্রবা চেতসা=পুক্নীংনা, অনুচিন্তয়ন—অপনবা লৈতনা নীংলিবা মীহুনা, পরমং—

খ্বায়দগী অখোইবা, দিব্য়ং=মশা মতোমদা ঙাম্নোক্লুনা লৈবা পুরুষং—শীনথুংনা লৈবা, ব্রহ্মবু, যাতি ফংই ॥ ৮॥

অপুনবা অর্থ :— হে অর্জ্জুন। অভ্যাসকী মশক ওইবা যোগ তৌরিবা অমম্মং কৃষ্ণ ঐবু থাদোক্লুনা অতোপ্পা অমদা চন্ত্রবা পুক্নীংনা অপনবা লৈতনা নীংলিবা মীহুনা খ্বায়দগী অখোইবা মশা মতোমদা ঙাম্নোক্লুনা লৈবা অমম্মং শীনথুংনা থন্না লৈবা ব্রহ্মবু ফংই ॥ ৮॥

## অথুপ্পা বা

অভ্যাস কদায়বু কৌবগে হায়বসি যোগদর্শনদা অস্মুন্না তাক্লি— "তত্র স্থিতৌ যত্নোহভ্যাসঃ" (১। ৩)— "সাধকনা অপাম্বা ধ্যেযদা (নী গদৌরিবা পোৎ অহুদা) পুক্নী বু লেপ্তদনা থম্নবা হোৎনবসি অভ্যাসনি।" মসিগী অশেংবা মওঙদি — নীলিবা লাই মন্ত্রগা পোৎ অহু নত্তবা অতোপ্পা লাই মন্ত্রগা পোৎকী নীংবা পূমথা থাদোক্লুনা সূপ্পা নীলিবা অহুমক্তদা ঈচেল চেলহন্দুনা থম্নি। মসিবু নীথিনা তৌবা ওম্নবগীদমক অভ্যাসী সাধকনা শ্রীভগবান কৃষ্ণগী ফোটো মাঙদা থম্নগা মহুদা পুক্নীং থি জিন্দুনা থম্নবা মতুংদা পুশিল্লক্লুনা পুক্নী দা মহুমক্তবু খন্দুনা মন্ত্রগা য়েংহুনা লৈবসি ধ্যানগী মশক ওইবা অভ্যাস যোগনি। মসিবু নুমিৎ খুদিগী নিয়ম কাযদনা ওম্নমখৈ তৌহুনা লৈরবদি শিরমদাইদস্মু অভ্যাস অহুনা মরম ওইহুনা ইবুঙো মাবু নীংহুনা লৈবা ওমগনি, অহুগা মহুদগী সাক্ষাৎ পরব্রহ্মগী মশক ওইবা ইবুঙো মাবু ফংই হায়বসিবু ইবুংঙো মশামক্না কৃপা তৌবিহুনা তাক্লিবনি ।৮।

সাধক ওইবা ভক্তনা শিরবা মতুংদা ফংগদবা ইবুংঙো মহাক্কী অশেংবা মশকপু অস্মুন্না তাক্লি—

> কবিং পুরাণমনুশাসিতারমণোরণীযাংসমনুস্মরেৎ যঃ।
> সর্ব্বস্য ধাতারমচিন্ত্যরূপমাদিত্যবর্ণং তমসঃ পরস্তাৎ ॥ ৯॥

অন্বয় ব্যাখ্যা :— কবিং=অরাপ্পগী পূম্নমকপু উবা (হৌখিবা, ওইরিবা অমস্মু ওইরকদবা পূম্নমকপু খঙবা), পুরাণং=খ্বায়দগী অহল ওইবা (মঙোন্দগী হানবা অতোপ্পা পোং অমত্ত লৈতবা) অনুশাসিতারং=তাইবঙ পুম্নমকপু ঙাকপি শেমবিহুনা শাসন তৌবা, অনো অণীয়াংসং =অকুপ্পদগীস্মু খোইদোক হেন্দোক্লা বুপ্পা সর্ব্বস্য ধাত রং=কর্ম্ম পংমকী মহৈবুস্মু মতীক চানা পীনবিবা অচিন্ত্যরূপং=থম্ন নৈনযম লৈতবা মশক্না মাগী ওইবা আদিত্যবর্ণং—নুমিৎকুম মতোমদা ঙান্দুনা লৈবা তমস পরস্তাৎ=অজ্ঞানগী মশক ওইবা অমম্বদগী থাপ্পা লৈবা অসিগুম্বা পুরুষকী (ব্রহ্মগী) মশক ওইবা কৃষ্ণবু, য স্মরেৎ—মীহুনা নীংজৈ অহুগুম্বা মংাক্লা মাবু (শ্রীকৃষ্ণবু) ফংই ॥ ৯॥

**অপূনবা অর্থ ঃ—** মতম অহুম্মক্কী পোৎ পুম্নমকপু খঙবা, খ্বায়দগী অহল ওইবা, তাইবংপুম্নমকপু ঙাকপি শেনবিবা, কুপ্পদগীসু খোদোক হেন্দোকনা কুপ্পা কর্ম্ম পুম্নমক্কী মহৈবুসু মতীকচানা পীনবিবা খন্ন নৈনফম লৈতবা শক্তম ওইবা মুমিংকী মঙালগুম্না মশা মতোমদা ঙান্দুনা লৈবা অমসু, অজ্ঞানগী মশক ওইবা অমম্বদগী থাপ্পা লৈবা ব্রহ্মগী মশক ওইবা কৃষ্ণ ঐবু মীহুনা নীংশিংজে, মহাক্না কৃষ্ণ ঐবু যংই ॥ ৯ ॥

**অথূপ্পা বা**

পুন্সি চপ্পা সাধক ওইহুনা লৈবা ভক্তশিংনা শিরবা মতুংদা ক গদবা সাক্ষাৎ পরমেশ্বরগী মশক অনীবু শ্রুতিশিংনসু অসুম্না হায়রি— "য সর্ব্বজ্ঞ সর্ব্ববিৎ" ( মু উ ১।১।৯ )— "পরমাত্মাদি পুম্নমকপু অমত্ত ওইনা খঙবনি অহুগা পুম্নমকপু অমমম ওইনসু খঙবনি।" অহুগা তাইবংপুম্নমকসি মাগী শাসনগী মতু ইন্না চত্তুনা লৈ হায়বসিবুসু অসুম্না তাক্লি— "ভযাদস্যাগ্নিস্তপতি ভয়াত্তপতি সূর্য্য " ( কঠ ২।৩।৩ )— "মাগী শাসনবু কিবদগী মৈনা অশাবা পীদুনা লৈ, নুমিৎসু শাহুনা লৈ।" "অণোরণীযান্ মহতো মহীযান্" ( কঠ ১।২।২ )— 'পুম্নমক্কী হৃদয়দা লৈরিবা পরমাত্মা অসি অকুপ্পদগীসু হেন্না কুপ্পনি অহুগা অচৌবশিংদগী থোইনা হেন্না চাউবনি।" "সর্ব্বস্য ধাতারমচিন্ত্যশক্তিম্" ( না প উ ৯।১৬ ) মহাক কর্ম্মগী মহৈ পীনবিবনি অমসুং খন্ননীংঙাই লৈতবা শক্তি মহাক্কী ওইবনি।" ইবুংঙো মানা কর্ম্মগী মহৈ পীবি হায়বসিবুদি বেদান্ত দর্শনদসু অসুম্না তাক্লি— 'ফলমত উপপত্তে " ( ৩।২।৩৮ )— 'জীবশিংনা মখোয়না তৌবা কর্ম্মশিংগী মহৈ পরমাত্মাদগী ফংই। মরমদি ঈশ্বর নত্তনা কর্ম্মগী মহৈ পীবিবা ঙম্বা কনা অমদা লৈতে মহাক তাইবংসিগী শেম্বিবা য়োকপিবা অমসুং মাঙহনবা তৌবিবা মপুনি।" মতৌ অসুম্না— আদিত্যবর্ণং তমস পরস্তাং" ( শুক্ল যজু ৩১।১৮ )— "মহাক মঙালগী মশকনি, অমম্বদগী থাপ্পা লেবনি।" অসিনচি বা মন্ত্রশিংনা ইবুংঙো মাগী অশেংবা মশক তাক্লি ॥ ৯ ॥

করম্বা মতমদা সাধকনা ইবুংগো মাবু চেকশিন্না নীংজরগা মোক্ষ যংগদগে হায়বহু হৌজিক তাক্লি—

প্রযাণকালে মনসাঽচলেন
ভক্ত্যা যুক্তো যোগবলেন চৈব।
ভ্রুবোর্মধ্যে প্রাণমাবেশ্য সম্যক্
স তং পরং পুরুষমুপৈতি দিব্যম্ ॥ ১০॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা —** প্রয়াণকালে=শিরমদাইগী মতমদা, অচলেন মনসা—(অহানবদা তৌরকপা অভ্যাসকী মতুং ইন্না ) লেঙদনা থম্নবা পুক্নীংনা ভক্ত্যা যোগবলেন চ=ভক্তি অমসুং সমাধিযোগগী শক্তিগা, যুক্ত এব=লোয়নবমক, ভ্রুবো মধ্যে—পীশূম অনীগী মরক্তা ( আজ্ঞাচক্রদা ), প্রাণং—প্রাণবায়ুবু সম্যক্ আবেশ্য—নীংথিনা চিংখত্তুনা কৃষ্ণ ঐবু নীংজরবা, স =সাধক ভক্তহুনা, পরং—

থ্বাযদগী অথোইবা, দিব্য-অমকপা লৈত্রবা, তং পুরুষং=ব্রহ্ম ওইবা কৃষ্ণ ঐহৃবু, উপৈতি-ফংই (শিরবা মতুংদা ব্রহ্মদা তিন্দুনা মোক্ষ ফংই) ॥ ১ ॥

**অপুনবা অর্থ** — শিরমদাইগী মতমদা লেঙদনা থন্নবা পুক্নীংনা ভক্তি অমস্তং যোগশক্তিগা লোয়নমমক পীশূম অনীগী মরক্তা প্রাণবায়ুবু নীংথিনা চিংথত্তুনা কৃষ্ণ ঐবু নীংজরবা মী অহৃনা থ্বাযদগী অথোইবা অমস্তং অমকপা লৈত্রবা ব্রহ্মগী মশক কৃষ্ণ ঐহৃবু ফংই ॥ ১০ ॥

অথূপ্পা বা

শিরমদাইগী মতমদা পরমাত্মাবু নীবসি অহানবদগী হৌনা য়াম্না কন্না অভ্যাস তৌহৃনা লৈরক্লবা মরাইবক ফবা মীদনা তৌবা ঙমগনি অচম্বা কনা অমত্তনা তৌবা ঙম্মোই হায়বসি তাক্লবগীদমক সাধক অহৃগী বিশেষা অনী মফম অসিদা পীরি মহৃদি ইবুংঙো মাগী শ্রীচরণদা লেঙদবা ভক্তি লৈবা অমস্তু অহানবদগী হৌনা সমাধিযোগগী অভ্যাস তৌহৃনা লৈবা অনীসিনি। অনীসিনা মরম ওইহৃনা সাধকনা পুক্নী লেপ্পা থমম্লগা অহানবদা ইবুংঙো মাবু হৃদয়পদ্মদা (থম্মোয় থম্বালদা) নীজগদবনি। হৃদয় অসি ইবুংঙো মাবু ফংনবা থ্বায়দগী অথোইবা মফমনি, মসি মত্তনা মপানগী করিগুম্বা মফম অমদা ইবু ঙো মাবু ফ বা ঙমগনি হায়বসি ওইথোক্তবনি। মরম অসিনা শ্রুতিমস্তু অস্মুম্না হায়রি—'অথ যদিদমস্মিন্ ব্রহ্মপুরে দহরং পুণ্ডরিকং বেশ্ম, দহরোঽস্মিন্নন্তরাকাশঃ, তস্মিন যদন্ত তদন্বেষ্টব্যং, তদ্বাব বিজিজ্ঞা সিতব্যম্। (ছা উ. ৮।১।১)—'ব্রহ্মগী লৈনবা হকচাংগী মশক ওইবা কোম্নু সিদা য়াম্না পীকপা হৃদয় থম্বালগী মশক ওইবা কা অমা লৈ কা অসিদা অপীকপা অহাঙবা মফম অহৃগী মনুংদা ব্রহ্মবু যেংনবা (উনবা) হোংনগদবনি অমস্তং মহৃবু খঙনবা হংগদবনি।" মতৌ অস্মুম্না পুক্নীং ফাজিন্দুনা থম্মোয় থম্বালদা পরমাত্মাবু শ্রীকৃষ্ণগী মশক ওইনা নীংলগা মতুংদা প্রাণবায়ুবু চি থত্তুনা পীশূম অনীগী মরক্তা লাইবক্তা লৈবা আজ্ঞাচক্রদা পুরক্লবা হোংনগদবনি। আজ্ঞাচক্র অসি মনা অনী পানবা থম্বালগী মওঙনি মসি স্বষুম্না কৌবা শিংলীগা শম্মনা লৈ। মরম অসিনা মহৃনা মরম ওইহৃনা সাধক অহৃগী শিবা মতমদা প্রাণবায়ু অহৃ ব্রহ্মরন্ধ্রদা (লবাই লেম্ফ দা) চংখিগনি। মহৃদগী মহাক্লা মোক্ষ ফংগনি। মফম অসিদা পরং পুরুষ" কী অর্থ পরব্রহ্মনি। মরমদি—"পরং পুরুষ মবিধ্যায়ীত" (প্র উ ৫।৫)—"পর পুরুষবু ধ্যান তৌ" হায়রসিদা পরপুরুষকী অর্থ ব্রহ্মনি হায়রসি বেদান্তদর্শন (১।৩।১৩) দা লেপ্পী ॥ ১০ ॥

শিরমদাইগী মতমদা শ্রীভগবানবু নীংজবা অমস্তং মাগী নাম শোনজবা মহৃদা করম্বা মওঙ অমস্তং নাম লৌদুনা নীংজ শোনজগদগে হায়রসিবুস্তু হৌজক অস্মুম্না তাকপা হৌই—

যদক্ষরং বেদবিদো বদন্তি
বিশন্তি যদ যতয়ো বীতরাগা।

যদিচ্ছন্তো ব্রহ্মচর্য্যং চরন্তি
তত্তে পদং সংগ্রহেণ প্রবক্ষ্যে ॥ ১১ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— বেদবিদ =বেদবু নীংথিনা খঙবা ঋষিশিংনা, যদ =মহুবু, অক্ষরং বদন্তি —মাঙ তাকপা লৈতবনি অস্থুম্না হায়রি, বীতরাগা =সংসারগী পোৎশিংদা অপাম মিহৌ লৈত্রবা যতয় —য়াম্না নোম্বা কনবা সন্ন্যাসীশিংনা, যদ বিশন্তি=মহুদা তিন্দুম্না মোক্ষ ফংই, যদ ইচ্ছন্ত =মহুবু খঙনীংবা মী শিংনা, ব্রহ্মচর্য্যং চরন্তি=গুরুগী মনাক্তা লৈহনা ব্রহ্মচর্য্য ব্রত তৌই, তৎ পদং=অহুগুম্বা ফংবদা হেন্না মতীক চাবা ব্রহ্ম তত্ত্বহুবু, তে—অর্জুন নহাক্কীদমক, সংগ্রহেণ—য়াম্না শম্না, প্রবক্ষ্যে=নীংথনা হায়গে ( মসিবু নঙনা পুক্নীং চঙনা তাও ) ॥ ১১ ॥

অপুনবা অর্থ —বেদবু নীংথিনা খঙবা ঋষিশিংনা মহুবু মাঙ তাকপা লৈতবনি হায়, সংসারগী পোৎশিংদা অপাম মিহৌ লেত্রবা সন্ন্যাসীশি না মহুদা তিন্দুনা ( চঙদুনা ) মোক্ষ ফংই অমসুং মহুবু খঙনীংবা মী শিংনা ব্রহ্মচর্য্যব্রত তৌগনা লৈ অহুগুম্বা ফংবদা মতীক চাবা ব্রহ্মতত্ত্ব অহুবু নহাক্কীদমক য়াম্না শম্না হায়গে ( মসিবু মুন্না তাও ) । ১১ ।

অথুপ্পা বা

বেদবু নী থিনা খঙবা ঋষিশিংনা ব্রহ্মতত্ত্ব অহুবু অক্ষরনি ( মাঙ তাকপা লৈতবনি ) অস্থুম্না হায়রি—"এতদ্বৈ তদক্ষরং গার্গি ব্রাহ্মণা অভিবদন্ত্যস্থূলমনণ্বহ্রস্বমদীর্ঘম্ " (বৃ উ ৩।৮।৮) —( মসিগী অর্থদি অধ্যায়সিগী অহুমগুবা শ্লোকী অথুপ্পা বা য়েংবিয়ু )। সংসারগী পোৎশিংদা অপাম মিহৌ লৈত্রবা সন্ন্যাসীশিংনা ব্রহ্মতত্ত্বহুবু ফংই হায়বসিবুসু অস্থুম্না তাক্লি—

সংপ্রাপ্যৈনমৃষযো জ্ঞানতৃপ্তাঃ
কৃতাত্মানো বীতরাগাঃ প্রশান্তাঃ।
তে সর্ব্বগং সর্ব্বত প্রাপ্য ধীরা
যুক্তাত্মানঃ সর্ব্বমেবাবিশন্তি ॥

( মু উ ২।২।৫ )

'আত্মাতত্ত্বসিবু ফংলগা ( খঙলগা ) ঋষিশিংহু জ্ঞাননা পেনবা, তৌফম থোকপা থবক তৌরবা ( আত্মাবু খঙবা ঙমবা থবক তৌরবা ), অপাম মিহৌ লৈতবা অমসুং য়াম্না তপ্না লৈবা ওই। অসিগুম্বা জ্ঞানী ওইবা মথোয়না য়েংলু য়েংলুবা মায়কৈদা মফম পুম্নমক্তা লৈবা আত্মতত্ত্বগী মশক ওইবা ব্রহ্মবু ফংলগা ( খঙলগা ) পুক্নীং ফাজিন্দুনা শিন্নবদা পুম্নমক্কী মশক ওইবা ব্রহ্মদা তিল্লী।

মাবু ফংনীংবদগী ব্রহ্মচার্য্যব্রত মচিংবা তৌই হায়বসিবু অস্থুম্না তাক্লি—

সর্ব্বে বেদা যৎপদমামনন্তি
তপাংসি সর্ব্বাণি চ যদ্বদন্তি।
যদিচ্ছন্তো ব্রহ্মচর্য্যং চরন্তি
তত্তে পদং সংগ্রহেণ ব্রবীম্যোমিত্যেতৎ ॥
(ক উঃ ১।২।১৫)

যমরাজনা নচিকেতাগী মফমদা অস্থুম্না হায়—"বেদ পুম্নমক্না পদ (ফংবকম থোকপা ভন্ত্র) অচুমক্কবু শকংশোম্নি, তপ পুম্নমকপু মচু ফংনবা সাধনম্নি (উপায়ম্নি) হায়, মচু ফংনীংবা মীশিংনা ব্রহ্মচর্য্যব্রত তৌই অচুগুম্বা তত্ত্ব অচুবু শম্নপা হায়গে—মচু 'ওঁ ম্নি।"

মতৌ অস্থুম্না ঋষিশিংনা বেদদা হায়ম্নিবা বাশিং অসিদু ওঁকারগী উপাসনা ভাকে হায়বগীদমক মকম অসিদা অর্জুনবু হায়ম্নিবম্নি ॥ ১১ ॥

"তত্তে পদং প্রবক্ষ্যে" হায়খিবা অচুগী মতুংইম্না হৌজিক শ্রীভগবান্না "ওঁকাব" উপাসনাগী মরমদা শ্লোক অনীদা অস্থুম্না হায়ম্নি—

সর্ব্বদ্বাবাণি সংযম্য মনো হৃদি নিরুদ্ধ্য চ।
মূর্দ্ধ্যাধাযাত্মনঃ প্রাণমাস্থিতো যোগধাবণাম্ ॥ ১২ ॥
ওমিত্যেকাক্ষবং ব্রহ্ম ব্যাহবন্মামনুস্মবন্।
যঃ প্রযাতি ত্যজন্দেহং স যাতি পবমাং গতিম্ ॥ ১৩ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা :— সর্ব্বদ্বারাণি = মপানগী বিষয়শিংবু (পোৎশিংবু) মন্নুংদা লৌশিন্নবা থোঙ ওইবা নৈবা মীৎনাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংবু সংযম্য = মথোয় মথোয়গী বিষয়শিং দগী ফাজিন্দুনা থম্নগা মন = পুক্নীংবু হৃদি = থম্মোয়দা নিরুদ্ধ্য = থিংহুনা থমলগা, চ = অচুগা প্রাণং = প্রাণবায়ুবু (থবায়বু), মূর্দ্ধ্নি = কোকতোন্দা (লবাই লেমফুদা) অধায় = চিংথত্তুনা থম্নগা আত্মন = আত্মাগী মরমদা, যোগধারণাং = সমাধিযোগগী ধারণাবু অস্থিত = তৌরবা ॥১২॥ যঃ = মী অচুনা, ও ইতি = ও অস্থুম্না একাক্ষর ব্রহ্ম = ময়েক অমত্ত ওইবা, ব্রহ্মবু ব্যাহরন = চীনদা শোঞ্জহুনা মা অনুস্মরন = পরব্রহ্মগী মশক ওইবা কৃষ্ণ ঐবু নীংজহুনা, দেহং ত্যজন = হকচাং থাদোক্লগা প্রযাতি = চ লী া = অচুগুম্বা মীনা পরমাংগতি = অথোইবা অরান খুবম যাতি = ফ ই। ১৩।

অপূনবা অর্থ :—মপানগী পোৎ লৌনবা থোঙ ওইবা নৈবা ইন্দ্রিয়শিংবু ফাজিল্লগা পুক্নীংবুস্থ থম্মোয়দা থমলগা অচুগা প্রাণবায়ুবু লবাই লেমফুদা চিংথত্তুনা থমলগা আত্মাগী মরমদা সমাধিযোগগী ধারণা তৌরবা মী অচুনা ও অস্থুম্না ময়েক অমত্ত ওইবা ব্রহ্মবু চীনদা শোঞ্জহুনা মমসু, পরব্রহ্মগী মশক ওইবা কৃষ্ণ ঐবু নীংজহুনা হকচাংসিবু থাদোক্লুনা চৎলী, অচুগুম্বা মীনা অথোইবা অরান খুবম (মোক্ষ) ফংই ॥ ১২, ১৩ ॥

অথুপ্পা বা

শ্লোক অসীসিদা শ্রীভগবাননা ওঁকারগী উপাসনা অমসু, মচুগী মহৈ তাক্লি। উপাসনাগী অর্থদি পরমাত্মাগী মনাক্তা থুংচুনা লৈবনি। পরমাত্মাগী মনাক্তা য়োবা ওন্বা মী অচম্বা নত্তে, ভক্তি তৌজচুনা ইবুংঙো মাবু নীংজবা অমসু, ইবুংঙো মাগী নাম জপ তত্তনা তৌচুনা লৈজবা মীদনা ইবুংঙো মাগী নাক্তা য়োবা ঙমগদবনি। অচুবু ইবুংঙো মাগী মশক মওঙ মশী, নাইদনা লৈ, অচুগা নামসু (মিংসু) লীশী লীশী লৈ। মখোয়শিংচুগী মনুংদা করম্বা মশক-মওঙবু নীংগদগে অমসু করম্বা নামবু জপ তৌগদগে হায়বসি বিচার তৌকম থোকই। শ্রীভগবানগী খওলিবা অমসু তাব্রিবা মশক-মওঙশিং চুগী মনুংদা ভক্তগী পুক্নীংনা পাম্বা মশক মওঙ (মূর্তি) অচুগী ধ্যান তৌগদবনি, অচুগা নামশিংগী মনুংদসু ভক্তনা অপাম্বা নাম অচু লৌদুনা শকচ-শোক্তগদবনি, মসিদা করিগুম্বা শাস্ত্র অমত্তনা মচু ফৈ নত্রগা ফত্তে হায়না বিচার তৌদে। অচুমদি ওইরবদা ওঁকারগী মরমদদি খরা থোইনা ফবা ৱাফম লৈ। মরম অসিনা যোগদর্শনদা ওঁকারবু লৌচুনা অসুম্না হায়রি—"তস্য বাচক প্রণব॰" (যো দ ১।২৭)—"পরমাত্মাগী নাম ওঁকাররনি।" "তজ্জপস্তদর্থ ভাবনম্" (যো দ ১।২৮)—ওঁকারচুগী জপ তৌগদবনি অচুগা মচুগা লোয়ননা ওঁকারগী অর্থ ওইবা পরমাত্মাগী ধ্যানসু তৌগদবনি। মচুদগী মন লেঙদনা লৈবা ঙম্নক্নুনা সমাধিগী ফীবম লাকনি। মতৌ অসুম্না ওকারগী জপ তৌনবা তাকপসিগী থ্বায়দগী অথোইবা মরমদি—ময়েক অমত্তমক ওইবা মরম্না মচু শোননবদা য়াম্না লায়না থোকই, মচুগীদমক কম্না নোম্বা লৈতে অভ্যাস তৌরবদি হৌনশা ওইনা মসিবু (ওঁকারবু) হায়দোকপা য়াই। অনীশুবা মরমদি—মসি বৈদিক্লি বেদদা মসিগী উপাসনা তৌনবা নিয়ম তাক্লি। বেদগী মন্ত্রশিংদসু মকোকমক্তদা ওঁকার হাপ্নগা মন্ত্রশিংচু শোন্নৈ হায়নৈ। মকোক্তা ওঁ লৈতবা মন্ত্র অমত্ত লৈতে, অচুগা মন্ত্রগী অরোইবদসু ও শোন্নৈ। মরম অসিনা শ্রীভগবাননা তুংদা হায়গনি—

তস্মাদোমিত্যুদাহৃত্য যজ্ঞদানতপ ক্রিয়াঃ।
প্রবর্তন্তে বিধানোক্তা সততং ব্রহ্মবাদিনাম্॥ (১৭।২৪)

"মরম অচুদগী হায়বদি ওকারসি পরমাত্মাগী মিং ওইবা মরমনা থ্বায়দগী অহানবদা ওঁবু শোন্নগা তুংদা ব্রহ্মবাদীশিংগী যজ্ঞ, দান, তপ নচিংবা থবক পুম্নমক নিয়ম কায়দনা তৌবা হৌই।" বারাহী তন্ত্রদসু অসুম্না হায়রি—

প্রণবং চাদিতো দত্ত্বা স্তোত্রং সংহিতাং পঠেৎ।
অন্তে চ প্রণবং দদ্যাদিত্যুবাচাদি পুরুষ॥

"ওঁকারবু মকোক্তা পীরগা (থম্নগা) হায়বদি হাম্না শোন্নগা স্তোত্র অমসুং বেদগী মন্ত্রশিংবু পাগদবনি, অচুগা মনৈদসু ওঁকার পীগদবনি হায়বদি শোননগদবনি অসুম্না আদিপুরুষ ভগবাননা হায়রমই॥"

ওঁ হায়বা ৱাহৈসি ৬াক শেনবগী অর্থ ওইবা "অব" ধাতুদগী শাবনি। মরম অসিনা "অবতি রক্ষতীতি ও" —মসিগী মতু, ইন্না পরমাত্মানা তাইবঙ পুম্নমকসিবু ৬াকপি-শেনবিহুনা লৈবা মরমদগী ইবু,ঙো মাবু ওঁ কৌবনি। অদুগা ও সিবু প্রণব কৌবগী মরমদি— "প্র=প্রকর্ষেণ নুয়তে=স্তুয়তে অনেন ইতি প্রণবঃ"— ওঁসিনা পরমাত্মাগী মী থিনা স্তুতি তৌবা য়াবা মরমদগী ওবু প্রণব হায়বনি। মতৌ অসুম্না পরমাত্মাগী মিং ওইবা খ্বায়দগী খোইবা লেম্বিবা ও অসিগী মরমদা বেদ অমসুং তন্ত্রগী লাইৰিকশিং য়েংলগা বিচার তৌরবদি মসি— "অনাহত নাদ" মক্নি মহুদগী অতোপ্পা অমা মত্তে হায়বসি মীংথিনা খঙগনি। অতোপ্পা পোং অমগা লোয়নবা থেংগাইনদনা মতোমদা ওইরকপা খোঞ্জেলবু "অনাহত নাদ" কৌই। অদুগা অতোপ্পা পোংকা থেংগাইনহুনা পোকপা খোঞ্জেলবু "আহত নাদ" কৌই। চীন্না হায়দোকপা ৱাহৈ অমসুং মযেক পুম্নমক আহত নাদনি, মখোয় থৌনাউ লৈয়েং, চীনবান্নচিংবগা থেংগাইনরগা পেংকপা ৬াক্তনি। অনাহত নাদদি মশা মতোমদা হৌনশা ওইনা লৈবা য়াম্না কুপ্পা খোঞ্জেল অমনি। মসি অপোবা খোঞ্জেলগী (আহত নাদগী) মরু ওইবা কারণনি (মরমনি)। তান্ত্রিক সাধনাগী মতু ইনবা যোগ শাস্ত্রদা য়াঙলেন শরুগী মনুংদা লৈবা সুষুম্না শীংলিগা শম্নবা থুমদগী কোকতোন ফাওবদা —মূলাধার (স্বাধিষ্ঠান), মণিপুর অনাহত বিশুদ্ধ, আজ্ঞা অমসুং সহস্রদল কৌবা চক্র তরুকথক লৈ। মখোয়শিংসিবু থম্বালগী মতৌগুম্বনি হায়না য়াহৈ অদুগা মখোয়শিং সিগী মনুংদা অনাহত চক্র হৃদয়গী মনুংদা লৈবা মনা তরানিথোই পানবা থম্বালনি অদুগা মসিমক অনাহত নাদ ওইনবা মকমনি। অনাহত চক্রসিদা অহিং মুংথিল মতম পুম্নমক্তা "হংসঃ" হায়বা খোঞ্জেল থোক্লুনা লৈ। মসিগী মরমদসু অসুম্না হায়রি—

> হংকারো নির্গমে প্রোক্তং সকারস্তু প্রবেশনে।
> হংকারং শিবরূপেণ সকারং শক্তিরুচ্যতে।
> সোহং হংসপদেনৈব জীবো জপতি সর্ব্বদা॥
>
> (যোগস্বরোদয়)

"মুংশাশোর হোন্দোক হোনজিন তৌবদা হৌনশা ওইনা হংস হায়বা খোঞ্জেলসি থোক্লুনা লৈ। শোর হোন্দোকপদা হং খোঞ্জেল ওই অদুগা শোর হোনজিনবদা স খোঞ্জেল ওই। মহুদা হংকারসি শিবগী মশকনি অদুগা সকার শক্তিনি হায়রৈ। মতৌ অসুম্না জীবনা হংসং হায়বা অসিমক্তদগী ওন-তৈনবা সোহহং হায়বা মন্ত্রসিবু অহিং মুংথিল নাইদনা জপ তৌহুনা লৈ।" মসিগী মমিং "অজপা গায়ত্রী" কৌই। মুমিং খুদিংগী জীবনা মসিবু ২১,৬০০ রক হন্না জপ তৌই। মসিগী অভ্যাস তৌবা মীনা "হংসঃ" হায়বা খোঞ্জেলসিবু য়াম্না লায়না তাবা ঙমই। সাধক ওইবা মীশিংনা "হংসঃ" অসিবু ওন তৈনবা "সোহহং" গী মওঙদা সাধনা তৌরবদি "পরমাত্মাদু ঐনি" হায়বা অর্থ ওই। মসিবু অমরোমদা হায়রগা "অহং ব্রহ্মাস্মি"— "ঐ ব্রহ্মনি" হায়বা

অর্থ ওই। মরম অসিনা সাধকনা শোয় হোন্দোক হোঙ্জিন্দা "সোহং" গী অভ্যাস তৌগদবনি। মসিবু মতম খরদ অভ্যাস তৌহুনা লৈরবদি মতুংদা হোনশঙ্গ ওইনা শোয়দা "সোহং" গী খোঙ্জেল মতম পুম্নমক্তা লৈগনি।

মতৌ অসুম্না অনাহত চক্রদা হৌনশা ওইনা থোক্লিবা "হংস" খোঙ্জেলসিগী "সোহং" ওইরবদা মহৃদগী ওঁগী খোঙ্জেলসি ওইখি। মসিবুসু অসুম্না হায়রি—

হকারশ্চ সকারশ্চ লোপয়িত্বা ততং পরম্।
সন্ধিং কুর্যাত্ততঃ পশ্চাৎপ্রণবোহসৌ মহামনুঃ॥ (যোগস্বরোদয়)

"হংস" গী ওয় তৈনবা সোহম্ অসিদা সো দগী সকার অমসু হম্ দগী হকার লৌথোক্লবদি ও অম্ লৈহৌই। মসিবু সন্ধি তৌহুনা পুনশিল্লবদি ওম ওই। মসিমক হৃদয়দা লৈবা শব্দব্রহ্মগী মশক ওইবা ওকারনি।"

শাস্ত্রনা অসুম্না হায়রি—

শব্দব্রহ্মেতি তৎপ্রাহ সাক্ষাদ্দেব সদাশিবং।
অনাহতেষু চক্রেষু স শব্দঃ পরিকীর্ত্ত্যতে॥ (পরাপরিমলোল্লাস)

"অনাহত চক্রশিংদা লৈ হায়রিবা হংসঃ খোঙ্জেলসিবু সাক্ষাৎ শব্দব্রহ্মগী মশক ওইবা ওকারনি অসুম্না মহাদেবনা হায়।"

অসুম্না হায়রিবা ওগী নাদ (খোঙ্জেল) অসিবু অচৌকপা মফমদা পুক্লীং লৈতানা ফম্নগা মনা ১২ পানবা অনাহত থম্বালবু মথক্লোমদা শাংপনি নীংহুনা ধ্যান তৌরবসি সাধকনা অদুনা শোয়দনা তাবা ফংগনি।

অসিগুম্বা ওঁ সি পরমাত্মাগী নামনি হায়বসি অজ্ঞানবদা হায়রে, অদুগা নাম (মিং) অমসু নামী (মিং লৈবা পোং) অনীসিদা কল্লিমত্ত খেন্নদবা অরমদগী পরমাত্মামক ও নি। মরম অসিনা তাইবংপানসি পরমাত্মাদগী পোকপা মরম্না মসিবু (তাইবংসিবু) ওঁ দগী পোকপনি হায়বা য়াই। মরম অসিদগী মাণ্ডুক্যোপনিষত্তা মসিবু অসুম্না হায়রি—"ওমিত্যেতদক্ষরমিদং সর্ব্বং, তস্যোপব্যাখ্যানং, ভূতং ভবদ্ ভবিষ্যদিতি সর্ব্বমোঙ্কার এব, যচ্চান্যৎ ত্রিকালাতীতং, তদপ্যোঙ্কার এব॥১১॥"— "অচং চত্ত তাইবং পুম্নমকসি মনুংগী মশক ওইবা ওক্যর অসিমক্তনি। অসিগুম্বা ওঁকারসিগী শব্দোকপা ব্যাখ্যানদি অসিনি—হৌপ্রবা, লৈরিবা অমসু ওইরকদবা পোং পুম্নমকসি ওকারমক্তনি অদুগা মতম অদুমসিগী মপান্দা লৈবা অব্যাকৃত নচিংবা (মায়া উপাধি লৌদুনা লৈবা ঈশ্বরনচিংবা) অতোপ্পা পুম্নমকসিসু ওঁকারমক্তনি।"

মসিগী মতুংদা ব্রহ্ম অমসু ওঁকার অমত্তনি, অনীসিদা খেন্নবা লৈতে হায়বসি তাক্লবগীদমক শ্রুতিনা ব্রহ্মবু পুম্নমক ওইনা অসুম্না হায়রি—"সর্ব্বং হ্যেতদ্ ব্রহ্ম"॥২॥ "তাইবংপুম্নমকসি ব্রহ্মমক্নি।" মতৌ অসুম্না ওঁকারসি পুম্নমক ওইবা অমসু ব্রহ্মসু পুম্নমক ওইবা মরমদগী অনীসিদা

করিমত্ত খেন্নদে হায়বসি সিদ্ধ ওই। অমুক মসিগী মতু দা ওকারসিনা পান্দ্বে ওইদুনা জীবাত্মা অমসুং ব্রহ্ম অনীসিদা খেন্নবা লৈতবা উপাসনা তৌনবা তাকে হায়বগীদমক মাণ্ডুক্যশ্রুতিনা অসুম্না হায়রি—"অয়মাত্মা ব্রহ্ম" ॥ ২ ॥ "আত্মাসি (ঐ হায়না খঙবিরিবা চেতন জীবাত্মাসি) ব্রহ্মনি।" মতৌ অসুম্না ব্রহ্মদগী খেন্নবা লৈতবা ওঁকারবু পান্দ্বে ওইনা লৌরগা মদুগী জপ তৌদুনা জীব অমসুং ব্রহ্মগী অমত্ত ওইবা মওঙবু ধ্যান তৌগদবনি। মদুদগী সমাধিদা আত্ম-সাক্ষাৎকার ওইদুনা অজ্ঞান মাঙখিবদগী ব্রহ্মদা তিনবগী মতক ওইবা কৈবল্য মোক্ষ ফংগদবনি।

অসিগুম্না ওঁকারসিনা মরম ওইদুনা জীবাত্মানা ব্রহ্মগী মওঙ করম্না ওই হায়বসিগী মরমদা মুণ্ডকোপনিষত্তা মহর্ষি অঙ্গিরানা শৌনকপু অসুম্না তাক্লি—"ধনুর্গৃহীত্বৌপনিষদং মহাস্ত্রং শরং হ্যুপাসানিশিতং সন্ধয়ীত। আযম্য তদ্ভাবগতেন চেতসা লক্ষ্যং তদেবাক্ষরং সৌম্য বিদ্ধি॥" (মু উ ২।২।৩)—"উপনিষৎশিংদা ফাওদুনা লৈরিবা লীরু, অদুবু লৌরগা উপাসনা তৌদুনা য়াম্না থৌনা ফেংলিবা থায়দগী অথোই খুৎলাই তেল অদু লীরীদা হাপকদবনি মদুগা মদুদা পুক্নী অনী লোঙদনা থম্বগা মহ চিংদুনা অক্ষর অদুমক্তদা (অমাঙ অত্তা লৈতবা ব্রহ্মমক্তদা) নিশানা তৌদুনা কাপকদবনি।"

মতৌ অসুম্না মন্ত্রসিদা হায়রিবা অথুপ্পা রাসিবু মথাগী মন্ত্রনা তশেংনা অসুম্না তাক্লি—

প্রনবো ধনুঃ শরো হ্যাত্মাব্রহ্ম তল্লক্ষ্যমুচ্যতে।
অপ্রমত্তেন বেদ্ধব্যং শরবত্তন্ময়ো ভবেৎ॥ (মু উ ২।২।৪)

"লীরু, অদুদি ওঁকারনি তেল না জীবাত্মানি নিশান। তৌনবা মফমদি ব্রহ্মনি হায় পুক্নীং য়াম্না চঙনা মদুদা (ব্রহ্মদা) তেল ওইবা আত্মাবু থাগদবনি, মদুদগী তেলগী মতৌগুম্না (তেল থাবা মফম অদুদা তেল চঙখিদুনা মদুগী মশক ওইনা তেল না অমত্ত ওইদুনা লৈব্রগী মতৌগুম্না) আত্মাসিসু ব্রহ্মদা চঙখিদুনা ব্রহ্মগী মশক ওইগদবনি।"

মতৌ অসুম্না উপাসনা তৌবদা পান্দ্বে ওইনা ওঁকারসিবু সগুণ অমসুং নির্গুণ ব্রহ্মগী উপাসনা অনীমক্তা লৌবা য়াই। মরম অসিনা প্রশ্নোপনিষত্তা মহর্ষি পিপ্পলাদনা শৈব্যবু অসুম্না হায়—"এতদ্বৈ সত্যকাম পরঞ্চাহপরঞ্চ ব্রহ্ম যদোঙ্কার"। তস্মাদ বিদ্বানেতেনৈ বাহহয়তনেনৈকতরমন্বেতি।" (প্র উ ৫।২)—"হে সত্যকাম! বেদদা কাওরিবা ওঁকারসি নির্গুণ পরব্রহ্মসুনি অদুগা সগুণ অপরব্রহ্মসুনি। মরম অসিনা উপাসক ওইবা সাধকনা মান্না লৌনা মতু ইনা ওঁকার ওইনা পান্দ্বে অসিদগী পরব্রহ্ম নত্রগা অপরব্রহ্ম ফংবা য়াই। মরম অসিদগী উপাসনা তৌরিবা সাধকনা মান্না পান্না মতু ইনা ওঁকার নাম ওইনা লৌরগা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রগী লীলা লাইগী উপাসনা তৌদুনা ইবুংঙো মাগী নাম জপ তৌবা য়াই হায়রসিদা করিমত্ত চিংনফম লৈরোইদবনি।" মরম অসিনা মফম অসিদসু (গীতাগী শ্লোক অসিদসু) শ্রীভগবান্না

ঙকারনবু অখোইবনি, মন্ত্রবু জপ তৌদুনা অমসুং ইবুংঙো মাবু নীংশিংজদুনা শিন্নবদি মীদুনা লোয়রনা অরান থুবম কংই হায়না তাক্লিবনি। অদুবু মসি অন্নায়বা না মত্তে হকচা কয়া লৈরিঙৈগী মতমদগী হোৎনা অভ্যাস তৌদুনা লৈগদবনি ॥ ১২, ১৩ ॥

হৌজিক কয়দা মীনা ইবুংঙো মহাকপু লায়না ফংবা ঙমগদগে হায়বদু অসুম্না তাক্লি—

অনন্যচেতা সততং যো মাং স্মরতি নিত্যশঃ ।

তস্যাহং সুলভঃ পার্থ নিত্যযুক্তস্য যোগিনঃ ॥ ১৪ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা :—** পার্থ=পৃথাগী মচা হে অর্জুন। য—সাধক ওইবা মীদুনা, অনন্যচেতাঃ =প্রযত্নক ওইবা কৃষ্ণ ঐবু থাদোক্লগা অতোপ্পা অমদা পুক্নীং চঙবা তৌদনা, সততং=অতংপা লৈতনা, নিত্যশঃ=নুমিৎ খুদিংগী শিবা কাওবা মাং=পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐবু, স্মরতি=নীংজদুনা লৈ, নিত্যযুক্তস্য—মতৌ অসুম্না পুক্নীং কাজিন্দুনা থম্নবা, তস্য যোগিন=সাধক ওইবা যোগীদুগী, অহং সুলভঃ—ঐ লায়না ফংবা য়াই ॥ ১৪ ॥

**অপুনবা অর্থ :—** হে পার্থ। মী অদুনা কৃষ্ণ ঐ মত্তবা অতোপ্পা অমদা পুক্নীং চঙবা তৌদনা নুমিৎ খুদিংগী শিবা কাওবা অতংপা লৈতনা পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐবু নীংজদুনা লৈ, মতৌ অসুম্না কৃষ্ণ ঐত্তোন্দা পুক্নীং কাজিন্দুনা থম্নবা যোগী অদুগী কৃষ্ণ ঐসি লায়না ফংবা য়াই ॥ ১৪ ॥

অথুপ্পা বা

তাইবঙগী চংনরিবা অমসুং তৌদবা য়াদবা থবকশিংবু থাদোক্লগা মতম পুম্নমক্তা শ্রীভগবানবু নীংদুনা লৈবসি ওইথোক্তবা অমনি, মসিবু কনা অমত্তনা তৌবা ঙম্লোই। মরম অসিনা নুমিৎ খুদিংগী চাং নাইনা অকক্নবা মতম থমদুনা ঙস্নমথৈ শা না শ্রীভগবানবু নীংজদুনা লৈনবা হোৎনগদবনি। তাইবঙসিদা চংনবা য়াম্না নুবা থবকসু চাং নাইনা নুমিৎ খুদিংগী তঙ্গনা হোৎনরবদি লায়না পাংথোকপা ঙমকই। মতৌ অসুম্না শ্রীভগবানবু নীংজবসিসু নুমিং খুদিংগী চাং নাইনা অভ্যাস তৌরবদি য়াম্না লায়না অমসুং পুক্নীং লৈতানা তৌবা ঙমলক্নি। মসিগী মরমদা যোগদর্শনদসু অসুম্না হায়রি—"স তু দীর্ঘকালনৈরন্তর্য্যসৎকারাসেবিতো দৃঢ়ভূমি" (১/১৪)—"অভ্যাস অদুদি মতম কুইনা তঙ্গনা থাজবগা লোয়ননা তপ নচিংবা তৌদুনা কায়দনা হোৎনরবদি মদুগী মথোঙ য়াম্না চেৎলী।" মরম অসিনা ঙস্নমথৈ ইবুংঙো মাবু নীংবা অসিগী অভ্যাস তৌগদবনি। মসিদ মত্তনা অহাঙবা মতমদসু ইত্তোমদা লৈরবদি শ্রীভগবানগী চিন্তন তৌনবা হোৎনগদবনি অদুগা মী থরুপা তিন্নদুনা লৈরবদি অমনা অমবু শ্রীভগবানগী মরমদা বারী বাতায় তাক্নগদবনি। মদুদগীসু য়াম্না কান্নবা ওইগনি। মদু কৌবা ঋষিবু ভগবান্ বরাহদেবনসু অসুম্না হায়—

মচ্চিন্তনং মৎকথনমন্যোন্যং মৎপ্রভাষণম্ ।

মদেকপরমো ভূত্বা কালং নয় মহামতে ॥

(বৃ উঃ ২/৪৭)

"হে লৌশিং চাউবা খুড়া ! ভগবান ঐবু পুক্নীংদা থম্দুনা ( নীংদুনা ), ঐগী বারী-বাতায় লৌদুনা, অমদা অমগা তিন্নহনবা ঐগী মরমদা ডাওবহনবা অমসু, ঐবুদবু অথোইবা ওইবা থম্দুনা মতম লেন্নবা হোংনৌ ।"

মরম অসিদগী সাধক ওইবা মীনসু শ্রীভগবান্না তাকইবা অসিগী মতুং ইন্না চত্থুনা পুক্নীং চঙবা হোংলদুবা লৈরবদি শিরমদাইগী মতম য়ৌরক্লবদসু ইবু ঙো মাবু নীংশিংজহনবা শিবা ঙমগনি হায়বসিদা কন্নিমত্ত চিংনফম থোক্লে । ১৪ ।

ইবুংঙো মাবু ফংলগা কন্নি কারণনি হায়বহুবু অস্মুম্না তাক্লি—

মামুপেত্য পুনর্জন্ম দুঃখালযমশাশ্বতম্ ।
নাপ্নুবন্তি মহাত্মানঃ সংসিদ্ধিংপরমাং গতাঃ । ১৫ ।

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— মহাত্মানঃ—মুক্ত অমসুং তমোগুণ ওইবা অমোংপা লৈতবা মরমদগী পুকচেল চাউরবা সাধকশিংনা, মাং উপেত্য—সাক্ষাৎ পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐবু ফংলগা, পরমাং সংসিদ্ধিং —খ্বায়দগী অথোইবা মোক্ষ ওইবা সিদ্ধিবু গতা =ফংহনবা দুঃখালয়ং=অবাবগী মতম ওইবা, অশাশ্বতং=অরেপ্পা লৈতবদগী মথোঙ খণ্ডবা, জন্ম—মপোকসিবু, পুন ন আপ্নুবন্তি=অমুক হন্না ফংদে । ১৫ ॥

অপুনবা অর্থ ঃ— পুকচেল চাউরবা সাধকশিংনা কৃষ্ণ ঐবু ফংলগা খ্বায়দগী অথোইবা মোক্ষ ওইবা সিদ্ধি ফংহনবা অবাবগী মফম ওইবা অমসুং অরেপ্পা লৈতবা মরম্না মথোঙ খণ্ডবা মপোকসিবু অমুক হন্না ফংদে ॥ ১৫ ॥

## অথুপ্পা বা

মীওইবনা মুপা থোকবা ফংফম অমসু তৌফম থোকপা ধর্ম অর্থ, কাম অমসুং মোক্ষ কৌবা পুরুষার্থ মরিথক লৈ । খ্বায়দগী অহানবদা অফবা লমচৎ চত্থনা মশাবু মতীক চাবা শাবা ( মতীক চাবা মী অমা ওইনবা ) লাইরিক লাইশুনচিংবা বিদ্যা নীংথিনা তম্বচিংবগী অফবা থবক তৌবসি ধর্মনি । মসি ফংলবা মতুংদা ধর্ম অমসু ব্যবহারগী লমচৎ কায়দনা শেল তান্নবা হোংবহনবা মতীক চাবা শেল তানশিনবসি অর্থনি । ইমুং মনুংদা লৈরিবা অহল লমন অশোল অনামচিংবা পুম্নমকপু য়োকপি থাকপিহনবা লৈনবা মতীক চারে খঙলবা তুংদা লুহোঙ কৈহোঙহনবা য়ুম্বান্দুনা লৈবসি কামনি । মহদগী য়ুম্বানবগী হৌনবা ব্যবহার পুম্নমক ঙাক্লনা লাই নী নবসু হোংলগদবনি । অহানবা পুরুষার্থ ধর্ম তৌবদগী হোনা অফবা লম্বীদা চত্থনা লাক্লগা য়ুম্বান্দুনা লৈবা মতমদা লাই নীংবনচিংবা ধর্মগী থবক তৌহনা লৈবসি মোক্ষ ফংনবা লম্বীনি । মসি খ্বায়দগী অথো বা পুরুষার্থনি । য়ুম্বান্দুনা লৈবা মতমদা মোক্ষ ফংনবা হোংনবসিবু লায়থোক্লোইদবনি, লায়থোক্লবদি অমুক হন্না পোক্তদৌরিবা মপোক অহুদা কন্নগা হকচাং ফংগদগে হায়বসি অরেপ্পা লৈতবা মরম্না মথোঙ মরম খণ্ডনা শিগনি । শিরবা তুংদা শা, ঙা নচিংবগী অতোনবা মপোক ফংলবদি অরেম্নদা তাগনি অমসুং সংসারে

চক্রসিদা কোয়দুনা লৈগনি। অদুগা করিগুম্বা মীওইবগী মপোক কংবা থোক্লকপদু ইমাগী গর্ভদা কোক-থৈ য়ুংদুনা থোঙ কোননিংলগা থা মাপল লৈবসি য়াম্না অৱাবগী মশকনি। জীবনা মমাগী গর্ভদা লৈবসিবু লৌদুনা গর্ভোপনিষত্তা অসুম্না হায়রি— "নবমে মাসি সর্ব্বলক্ষণ সম্পুর্ণো ভবতি, পূর্ব্বজাতী. স্মরতি" (গ° উঃ ৩)—

"থা মাপল তুরবদা জীবদুগী হকচাংদু কায়াং পূম্নমক মপুং ফায় মতম অদুদা মহাক্না অহানবদা থংথিবা মপোকশিংদুবু নীংশিংই।"

নানা যোনিসহস্রাণি দৃষ্ট্বা চৈব ততো ময়া
আহারা বিবিধা ভুক্তাঃ পীতাশ্চ বিবিধা স্তনা ॥
অহো দুঃখোদধৌ মগ্নো ন পশ্যামি প্রতিক্রিয়াম্।
যদি যোন্যাং প্রমুঞ্চামি সাংখ্যং যোগংবা সমাশ্রয়ে ॥
(গ° উ — ৪)

"মথল মথা অয়াম্বা পোক্নকম্ ওইবা মফম লীগী লীশীংবু ঐনা (জীবনা) য়েংলগা (ফংলগা) মথল-মথা অয়াম্বা চীঞ্জাক চাখ্রে অমসুং মথল মথা অয়াম্বা থোম থকখ্রে। হায়-হায়! অৱাবগী সমুদ্রদা লুপ্লুনা লৈরবা ঐনা মসিদগী করি থোক্নকদগে হায়বদু করিমত্ত থংত্রি। পোক্নকম ওইবা মফম (যোনি) অসিদগী নাংথোক্নবা মপাল থোকপমকদা ঐ আত্মজ্ঞান ফংনবা সাংখ্য (বেদান্ত) মত্রগা যোগদা চঙজদুনা লৈগনি।"

মসি গর্ভদা লৈরিবা অঙাংদুগী ৱাখলনি অদুবু হৌজিক পূমকাউ কাউথোকখিদুনা মীনা নত্ত-নত্তবা থবক কয়া তৌদুনা লৈরি মানা গর্ভদা থনখিবা ৱাখল অদু নীংশিংদুনা মদুগী মতুং ইম্না চংলবদি মোক্ষ ফংগদবনি। মরম অসিদগী শ্লোক অসিদসু শ্রীভগবাননা মসিবু নীংশিং হন্দুনা তাকপনি ॥ ১৫ ॥

ইবুংঙো মাবু ফংলবা মী শিংদি পাত্মজ্ঞাম লৈবা মরম্না তাইবংসিদা অমুক হল্লক্তে অদুগা ইবুংঙো মাবু ফংত্রিবা অজ্ঞানীশিংদি তাইবংসিদা হন্না হন্না হল্লকুনা লৈ হায়রসি অসুম্না তাক্লি—

আব্রহ্মভুবনাল্লোকাঃ পুনবাবর্ত্তিনোঽর্জ্জুন।
মামুপেত্য তু কৌন্তেয পুনর্জন্ম ন বিদ্যতে ॥ ১৬ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** :— অর্জ্জুন=হে অর্জ্জুন! আব্রহ্মভূবনাৎ—ব্রহ্মলোক ফাওনা লোকাঃ লৈরিবা লোক পুম্নমকসি, পুন আবর্ত্তিন =অমুক হন্না পোকপা শিবা নাইবা মফম ওাক্তনি, তু=অদুবু কৌন্তেয়=কুন্তীগী মচা হে ধনঞ্জয়! মাং উপেত্য—সাক্ষাৎ পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐবু ফংলগদি, পুনঃ জন্ম—অমুক হন্না পোকপা ন বিদ্যতে—ওইদে ॥ ৬ ॥

**অপুনবা অর্থ** :— হে অর্জ্জুন! ব্রহ্মলোক ফাওবা লৈরিবা লোক পুম্নমক অসি অমুক হন্না পোকপা শিবা নাইবা মফমমকনি। অদুবু হে কৌন্তেয়! কৃষ্ণ ঐবু ফংলবদি অমুক হন্না পোকপা ওইদে।

অথুপ্পা বা

ব্রহ্মলোক অসি মহর্লোক, তপোলোক অমসুং সত্যালোক হায়বা থণ্ড (শরুক নত্রগা মচেৎ) অহুমথোক্লা থায়রি। মহুদা পঞ্চাগ্নিনচিংবা উপাসনা তৌহুনা তপ তৌবা মী শিংনা মহর্লোক নত্রগা তপোলোক ফাওবা চংলী অহুগা মহুদা তৌখিবা উপাসনা অমসুং তপ গী মতৈ চাববা মতুংদা অমুক হন্না তাইবঙসিদা হল্লকই। অতুবু ব্রহ্মলোকী অহুমশুবা শরুক সত্যালোক ফাওবা চংপা সগুণ ব্রহ্মগী উপাসকশিংদি তাইবঙসিদা অমুক হন্না হল্লক্তে, হিরণ্যগর্ভ ব্রহ্মাগী পুন্সি লোইবা ফাওবা মহুদা লৈরগা মাগী (হিরণ্যগর্ভগী) উপদেশতগী ব্রহ্মজ্ঞান ফংদুনা মাগা (হিরণ্যগর্ভগা) লোয়নবা পূম্নমক মুক্ত ওই। মস্মুম্না সগুণ ব্রহ্মগী উপাসকশিংনা ফংলিবা মুক্তিবু ক্রমমুক্তি কৌই। মসিবু লিঙ্গ পুরাণদা অস্মুম্না তাক্লি—

ব্রহ্মণা সহ তে সর্ব্বে সম্প্রাপ্তে প্রতিসঞ্চিবে।
পরস্যান্তে কৃতাত্মান প্রবিশন্তি পরং পদম্॥

"হিরণ্যগর্ভ ব্রহ্মাগী পুন্সি লোইহুনা মহাপ্রলয় লাক্লবদা ব্রহ্মলোকতা (সত্য লৈবা সগুণ ব্রহ্মগী উপাসক পূম্নমক অহু মাগী (ব্রহ্মাগী) উপদেশতগী কৃতার্থ ওইহুনা (আত্মজ্ঞান ফংদুনা) ব্রহ্মাগা লোয়নবা অথোইবা খুবম ব্রহ্মদা তিল্লী।"

মসিগী মরমদা শ্রুতিনসু অস্মুম্না হায়রি— "ব্রহ্মলোকমভি সংপদ্যতে, ন চ পুনরাবর্ত্ততে।" (ছা উ ৮/১৫/১ — "সগুণ ব্রহ্মগী উপাসনা তৌবা মীনা ব্রহ্মলোক (সত্যালোক) ফংই অমসুং মহাক্ মহুদগী অমুক হল্লক্তে।" মরম অসিনা শ্রীভগবান্না হায়রিবা ৱাসিবু ব্রহ্মলোককী অহুমশুবা শরুক সত্যালোকপু থাদোক্লগা মহর্লোক অমসুং তপোলোক ফাওবা চংপা সাধকশি পোকপা শিবা মাইবা অমসুং অৱাবগী মশক ওইবা তাইবঙসিদা অমুক হল্লকই হায়বনা খঙগদবনি ॥ ১৬॥

ব্রহ্মলোক ফাওবগী মফম পূম্নমক পোকপা শিবা মাইহুনা অমুক হন্না হল্লক্লবা মফমশিংনি হায়বসিদা মরম অস্মুম্না তাক্লি—

সহস্রযুগপর্য্যন্তমহর্যদ ব্রহ্মণো বিদুঃ।
রাত্রিং যুগসহস্রান্তাং তেঽহোরাত্রবিদোজনা ॥ ১৭॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — সহস্রযুগপর্য্যন্তং—চতুর্যুগ (সত্য ত্রেতা দ্বাপর অমসুং কলি মরিসিনা তিন্দুনা শাবা যুগ) লীশীং অমনা লোইবা মতম ব্রহ্মণ—চতুর্মুখ ব্রহ্মাগী অহ—মুংথিল ওই হায়বদি মুমিং থোকপা মতমনি, যৎ=অহুগা যুগসহস্রান্তাং=চতুর্যুগ লীশীং অমা লোইবা ফংওবা, রাত্রিং বিদুঃ—অহিংনি খঙই তে জনা=অস্মুম্না খঙলিবা মথোয়শিংহু অহোরাত্রবিদ=অহিং মুংথিল খঙবা মী-শিংনি (মুমিং, থাদগী ওইবা অহিং মুংথিল অনীসিবু খঙবা মীদি অশেংবা অহিং মুংথিল খঙবহু নত্তে) ॥ ১৭।

অপূনবা অর্থ :— চতুর্যুগ লীশীং অমনা লোইবা মতম ব্রহ্মাগী মুংথিলনি অহুগা মতৌ অস্মুম্না চতুর্যুগ লীশীং অমনা অহিংনি খঙবা মী শিংহু অহিং-মুংথিলবু শেংনা খঙবা মী শিংনি ॥ ১৭।

অথুপ্পা বা

শ্লোক অসিদা শ্রীভগবান্না হায়রিবা যুগ অসিবু চতুযুগনি হায়না লৌগদবনি। মরমদি মনুস্মৃতি (১। ৭২) শ্রীমদ্ভাগবত (৩। ১১। ১৮,১৯), বিষ্ণুপুরাণনচিংবদা চতুযুগ লীশীং অমনা ব্রহ্মাগী নুংথিল ওই অদুগা মনুমক্তনা অহিংস্থ ওই হায়বসি তাক্লি। মদুদি—

ক্নতং ত্রেতা দ্বাপরশ্চ কলিশ্চৈব চতুর্যুগম্।
প্রোচ্যতে তৎ সহস্রঞ্চ ব্রহ্মণো দিবসং মুনে॥
(বিষ্ণুপুরাণ ১।৩।১৫)

"সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর অমসুং কলি মরিসি তিল্লগা চতুযুগ অসুম্না হায়নৈ, অদুগা চতুযুগ লীশীং অমনা ব্রহ্মাগী নুংথিল ওই।"

মসিবু কল্প হায়নসু কৌই। অদুগা চতুযুগ অমা লাইশিংগী চহী লীশীং ১২ গা মান্নে লাইশিংগী চহী অমদি মীওইবগী চহী ৩৬ গা মান্নে। মরমদি লাইগী নোংমদ্ব মীওইবগী চহী অমনি। মরম অসিনা—

চতুযুগ ১—লাইগী চহী ১২ ×৩৬ =মীওইবগী চহী ৪৩২ ওই। মদুদা সত্যযুগনচিংবা যুগ মরিগী তোপ্প তোপ্পা চহী মশীংবুসু বিষ্ণুপুরাণদা তাক্লি অদুগা ঐখোয়গী নুংথিলগী অহোবা অমসু অরোইবদা সন্ধ্যাগী মতম লৈবগুম্না যুগ খুদিংমক্কীসু অহোবা অমসুং অরোইবদা সন্ধ্যাগী মতম লৈ হায়নসু অসুম্না তাক্লি—

অহনং দক্ষিণং রাত্রির্দেবানামুত্তরং দিনম্॥
দিব্যৈর্বর্ষসহস্রৈস্তু কৃত ত্রেতাদি সংজ্ঞিতম্।
চতুর্যুগং দ্বাদশভিস্তদ্বিভাগং নিবোধ মে॥
চত্বারি ত্রীণি দ্বে চৈকং কৃতাদিষু যথাক্রমম্।
দিব্যাব্দানাং সহস্রাণি যুগেষ্বাহুঃ পুরাবিদঃ॥
তৎপ্রমাণৈঃ শতৈঃ সংধ্যা পূর্ব্বা তত্রাভিধীয়তে।
সন্ধ্যাংশশ্চৈব তত্তুল্যো যুগস্যানন্তরো হি সঃ।
সন্ধ্যাসন্ধ্যাংশয়োরন্তর্য কালো মুনিসত্তম।
যুগাখ্যঃ স তু বিজ্ঞেয়ং কৃতত্রেতাদি সংজ্ঞিতঃ॥
(বি পুং ১।৩।১ ১৪)

"মীওইবগী দক্ষিণায়ন থা ৬ দেবতাশিংগী অহিংনি অদুগা উত্তরায়ণ থা ৬ নুংথিলনি (মতৌ অসুম্না মীওইবগী চহী অমা লাইগী নোংমনি অদুগা লাইগী চহী অমা মীওইবগী চহী ৩৬০ নি)। লাইগী চহী লীশীং ১২ না সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর অমসুং কলি কৌবা চতুযুগ (যুগ মরি) ওই। যুগ মরি অসিবু খাইদোক্না অসুম্না খণ্ডউ—লাইগী চহী লীশীং ৪, ৩, ২, অমসুং

১বু মথ৲ মনাও নাইবা সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর অমস্থু৲ কলিগী চহী মশী৲নি অদুগা সত্যনচিংবা যুগ খুদিংগী অহৌবদা সন্ধ্যা ওইনা লাইগী চহী চা ৪ ৩, ২ অমস্থু৲ ১ নি মতৌ অদুম্না যুগকী অরোইবা খুদিংদা সন্ধ্যা শ ওইনা লাইগী চা ৪, ৩, ২ অমস্থু৲ ১ নি। মতৌ অসুম্না সন্ধ্যা অমস্থু৲ সন্ধ্যা৲শগী ময়ায়দা সত্যযুগনচি৲বা লৈরিবনি।"

মসিবু তশে৲না হায়রগা ( উৎলবদি )

| | | সন্ধ্যা | | যুগমান | | সন্ধ্যা শ | | লাইগী চহী |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| সত্যযুগ | = | ৪ | + | ৪ | + | ৪ | = | ৪৮ |
| ত্রেতাযুগ | = | ৩ | + | ৩ | + | ৩ | = | ৩৬ |
| াপরযুগ | = | ২ | + | ২ | + | ২ | = | ২৪ |
| কলিযুগ | = | ১ | + | | + | ১ | = | ১২ |
| চতুর্যুগ | = | | + | ১ | + | ১ | = | ২ |

মসিবু মীওইবগী চহীদা শারব দি—

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| সত্যযুগ | = | ৪৮ | × ৩৬ | = মীওইবগী চহী | ৭১৮ |
| ত্রেতাযুগ | = | ৩৮ | × ৩ | = ” | ১২৯৬ |
| দ্বাপরযুগ | = | ২৪ | × ৩৬ | = | ৮৬৪ |
| কলিযুগ | = | ১২ | × ৩৬ | = ” | ৪৩২ |
| চতুর্যুগ | = | ১২ | × ৩৬ | = মীওইবগী চহী | ৪৩২ |

মতৌ অসুম্না ব্রহ্মাগী নুংথিল ওইবা কল্প = ৪৩২ × ১ = ৪৩২ চহীনি।

হায়রিবা চহীসি ব্রহ্মাগী লৈশেমদগী প্রলয় ওইদ্রিবা ফাওবগী চহীনি। মসিগী মনু দা মনু ১৪ লৈ অদুগা মনু অমমমগী মতমবু মন্বন্তর কৌই। মনু ৪ অদুদি (১) স্বায়ম্ভুব, (২) স্বারোচিষ, (৩) উত্তম (৪) তামস, (৫) রৈবত (৬) চাক্ষুষ (৭) বৈবস্বত (৮) সার্বর্ণিক, (৯) দক্ষসাবর্ণিক (১ ) ব্রহ্মসাবর্ণিক, (১১) ধর্ম্মসাবর্ণিক (১২) রুদ্রসাবর্ণিক (১৩) দেবসাবর্ণিক অমস্থু৲ (১৪) ইন্দ্রসাবর্ণিক।

মতৌ অসুম্না হায়রিবা কল্প অসিগী অহৌবদা ঐখোয়গী পৃথিবী অসি পোকখি অদুগা কল্পসিগী অরোইবদা মাংগদবনি। হৌজিক পৃথিবী অসি পোকখিবা চহী কয়া হৌরে অমস্থু৲ মতু দা চহী কয়া লৈরগা মাংগনি হায়বসিগী মরমদসু খরদ৲ খঙনবা হোৎনসি। সনাতনী হিন্দুশিং৲না য়াম্না মমাংঙৈদগী হৌদুনা করিগুম্বা কর্ম্মগী থবক অমা তৌবদা অহানবদা অসুম্না সংকল্প অমা তৌই— "অদ্য ব্রহ্মণো দ্বিতীয়পরার্দ্ধে শ্রীশ্বেতবারাহকল্পে জম্বুদ্বীপে ভারত খণ্ডে বৈবস্বত মন্বন্তরে অষ্টাবিংশতিতমে কলিযুগে কলিপ্রথমচরণে অমুক সংবৎসরে অমুক

মাসে— —ইত্যাদি"— "ঙসি ব্রহ্মাগী অনীশুবা পরার্দ্ধদা, শ্রীশ্বেতবারাহ কৌবা কল্পদা জম্বুদ্বীপতা, ভারত খণ্ডদা, বৈবস্বত মন্বন্তরগী মনুদা, ২৮ শুবা কলিযুগতা অমসুং কলিযুগী অহানবা শরক্তা — —— অসিনচিংবা।" মসিদগী ঐখোয়না লৈশেম্বদগী হৌদুনা হৌজিক ফাওবগী মতম মী থিনা খঙবা ঙমগনি। ব্রহ্ম গী চহীদা মাগী (ব্রহ্মাগী) পুন্সি চহী ১০০নি। চহী চামাসি লোইবমক্তদা মহাপ্রলয ওইগনবনি। অদুগা মরক্তা কল্প খুদিদা নৈমিত্তিক প্রলয় ওইদুনা লৈগদবনি। মাগী পুন্সি চহী চামা অসিবু দ্বিপরার্দ্ধ কৌই। মরম অসিনা মাগী পুন্সিগী চহী ৫০ অমমমবু পরার্দ্ধ কৌই। মদুদা মাগী পুন্সিগী অহানবা পরার্দ্ধ (অহানবা চহী ৫ ) হৌখিদুনা হৌজিক অনীশুবা পরার্দ্ধগী অহানবা নুমি কী নুংথিলগী মতম (কল্প) চংলি মসিবু শ্বেতবারাহ কল্প কৌই। মরমদি শ্রীভগবাননা বারাহগী (ওককী) অবতার লৌদুনা পৃথিবীসিবু লৈশেমগী অহৌবদা ঈশিংদগী থাঙংখি। মসি পুম্মকসিবু শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণদা অসুম্না হায়রি—

যদৰ্দ্ধমায়ুষস্তস্য পবার্দ্ধমভিধীযতে।
পূর্ব্বপবার্দ্ধোহপক্রান্তো হ্যপবোহদ্য প্রবর্ত্ততে॥
অযস্ত কথিতং কল্পো দ্বিতীয়স্যাপি ভাবত।
বাবাহ ইতি বিখ্যাতো যত্রাসীৎ সূকবো হবিঃ॥ (ভাগ ৩/১১/৩৩ ৩৬)

"ব্রহ্মাগী পুন্সি চহী ১ গী ত খায়বু পরার্দ্ধ কৌই অহানবা পরার্দ্ধ (চহী ৫ ) হৌগ্রে, হৌজিক অকোনবা পরার্দ্ধ চংলি মদুগী (অকোনবা পরার্দ্ধগী) মসি অহানবা কল্পনি, মসিগী মমিং বারাহ কল্প কৌই মরমদি মসিদা শ্রীহরিনা ওককী অবতার লৌখি।"

মতো অসুম্না হায়রিবা শ্বেতবারাহ কল্প অসিগী স্বায়ম্ভুব মনুদগী হৌদুনা চাক্ষুষ মনু ফাওবা মনু ৬কী মতম হৌগ্রে হৌজিক তরেংশুবা বৈবস্বত মনুগী মন্বন্তর চংলি মদুদসু মথক্কী সংকল্পদা হায়খিবগী মতুং ইন্না চতুর্যুগ ২৭ হৌখিদুনা ২৮ শুবা চতুর্যুগকী সত্য, ত্রেতা অমসুং দ্বাপরগী মতম লোইরবা মতুংদা কলিগী অহানবা শরক্কী মতম হৌজিক চংলি (ওইরি)। মসিগী মতুং ইন্না ঐখোয়না হিসাব (অঙ্ক) তৌদুনা য়েংলবদি মথাগী অসুম্না ওইগনি।

কল্প অমদা মন্বন্তর ১৪ লৈ, মরম অসিনা কল্পগী চহীদা ৪ না য়েন্নবদি—

মন্বন্তর ১ — ৪৩২০ / ১৪ = ৩ ৮৫৭১৪২৮ ৪/৭।

—মরম অসিনা হৌখিবা মনু ৬কী চহী = ৩০৮৫৭১৪২৮ ৪/৭ × ৬ = ৮৫১৪২৮৫৭১ ৩/৭

বৈবস্বত মনুগী হৌখিবা চতুর্যুগ ২৭ কী চহী = ৪৩২০ × ২৭ = ১১৬৬৪০ ৮

২৮ শুবা হৌখিবা চতুর্যুগকী — সত্যগী চহী = ১৭২৮ ০

" " " — ত্রেতাগী চহী = ১২৯৬০ ′

" " " — দ্বাপরগী চহী = ৮৬৪ ০০

হৌজিক শকাব্দ ১৯০৩ ফাওবদা হৌখ্রবা কলিগী অহানবা শরক = ৫০৮২

১৯৭১৯৬১৫৩ ৬/৭

মসি লৈশেম্বদগী হৌজিক ফাওবদা হৌগ্রবা চহী মশী৲নি। মরম অসিনা কল্পগী চহীদগী হৌগ্রবা চহীশি৲সি থাইদোক্লবদি লেমহৌবা চহী অহু পৃথিবীগী মাঙবা ( প্রলয় ) ফাওবগী ওইগনি, মহুদি—

কল্পগী চহী — ৪৩২ •

হৌগ্রবা চহী — ১৯৭ ৯৬১৬৫৩

লেমহৌরিবা চহী = ২৩৪৮ ৩৮৩৪৭

মতৌ অসুম্না চহী অর্ব্ব ২, কোটি ৩৪ লাখ ৮ লীশী৲ ৩৮ চহুমনিফুতরেৎকী মতু৲দা পৃথিবী অসিগী ঈশি৲দা লৃপ্ত না লৈবগী মশক ওইবা নৈমিত্তিক প্রলয় ওইগনি। হায়রিবা বাসি হৌজিক কালগী বৈজ্ঞানিকশি৲নস্থ সিদ্ধান্ত ওইনা য়ান্নরবনি। মখোয়না হায়—পৃথিবীদা লৈবা ঐখোয়বু অশাবা পীরিবা নুমিৎসি মথক্তা হায়রিবা মতম অসি ফাওবদা চাক্লিবা গ্যাস লোইখিহুনা ঈ৲খিগনি নত্রগা মচেৎ মচেৎ তাহুনা কায়খিগনি অহুগা মহুগী মমাঙদা পৃথিবী অসিস্থ মাঙখিগনি নত্রগা ঈ৲বনা উন্না কুপ্ত৲না লৈগনি মতম অহুদা জীব অমত্ত লৈবা ঙম্মোই। মরম অসিনা মতম অহুম্মক্তা থোকদবা থৌদোকশি বু নী৲থিনা খঙবা ঋষিশি না হায়রম্না য়াসিবু অচুম্বমক্লি হায়না লেপকদবনি। মতৌ অসুম্না ব্রহ্মাগী অক্তি সু কল্প অমনা ওই, মরম অসিনা কল্প অনীনা অহি৲ মু৲থিল ওইবা ব্রহ্মাগী নো৲মনি। মাগী অহি৲গী মতমদা নৈমিত্তিক প্রলয় ওইহুনা তাইবঙ পুম্নমকসি লৈৱোইদবনি॥ ১৭॥

হৌজিক ব্রহ্মাগী নুমিৎ থৃদি৲গী ওইগদবা লৈশেম অমসু৲ লৈমাঙবু শ্রীভগবান্না অসুম্না তাক্লি—

অব্যক্তাদ ব্যক্তয় সর্ব্বা প্রভবন্ত্যহরাগমে।

রাত্র্যাগমে প্রলীয়ন্তে তত্রৈবাঽব্যক্তসংজ্ঞকে॥ ১৮॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ৹— অহ আগমে=ব্রহ্মাগী নো৲ঙাল্লবদা, অব্যক্তাৎ=কম্মিমত্ত লৈতনা তুম্বগী ফীবম ওইনা লৈরম্না ব্রহ্মা অহুদগী সর্ব্বা ব্যক্তয় =অচৎ চত্ত তাইবঙগী পোৎ পুম্নমক প্রভবন্তি =ব্যবহারদা শীজিন্নবা য়াবা ওইনা ফোঙদোকই রাত্রি আগমে=অহুগা ব্রহ্মাগী অহি৲ ওইরবদা অব্যক্তস৲জ্ঞকে=ফোঙদোক্তবা কৌবা তত্র এব=ব্রহ্মাগী তুম্বগী ফীবম অহুমক্তদা, প্রলীয়ন্তে= ফোঙদোক্রম্না পোৎ পুম্নমক অহু থুপ্ত৲না লৈ॥ ১৮॥

**অপুনবা অর্থ :**— ব্রহ্মাগী নো৲ঙাল্লুনা য়াহৌরবা মতমদা ফোঙদোক্তনা লৈরম্না তুম্বগী ফীবম অহুদগী অচৎ-চত্ত পোৎ পুম্নমকসি ব্যবহারদা শীজিন্নবা য়ানা ফোঙদোকই, অহুগা ব্রহ্মাগী অহি৲ ওইরবা মতমদা ফোঙদোক্তবা কৌবা ব্রহ্মাগী তুম্বগী ফীবম অহুমক্তদা ফোঙদোক্লা লৈরম্না পোৎ পুম্নমক অহু থুপ্ত৲না লৈ॥ ১৮॥

মোক্ষ ফ৲ত্রিবা ফাওবা মতৌ অসুম্না হন্না হন্না পোক্ল শিরা তৌহুনা থরায় পাবনা জীব শি৲না লৈবসি শোয়দবনি হায়বসিবু অসুম্না তাক্লি—

ভূতগ্রামঃ স এবায়ং ভূত্বা ভূত্বা প্রলীযতে।
রাত্র্যাগমেঽবশঃ পার্থ প্রভবত্যহরাগমে ॥ ১৯ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** —পার্থ—পৃথাগী মচা হে অর্জ্জুন! স এব=অহানবা কল্পদা লৈরম্বা অহুমক ওইবা, অয়ং ভূতগ্রাম —হৌজিক লৈরিবা থৱায় পানবা পুম্বসি, ভূত্বা—হন্না হন্না পোক্লগা, রাত্র্যাগমে=ব্রহ্মাগী অহিং লাক্লবদা, অবশ =মখোয় মখোয়না তৌখিবা কর্ম্মশিংহুগী মখা পোন্দুনা প্রলীয়তে=থুপ্ত না লৈ, অহরাগমে=অহুগা ব্রহ্মাগী নুংথিল লাক্লবদা, প্রভবতি=অমুক হন্না ফোংদোকই ॥ ১৯॥

**অপূনবা অর্থ** ঃ— হে অর্জ্জুন! অহানবা কল্পদা লৈরম্বা অহুমক্তা ওইবা থৱায়পানবা পুম্বসি হন্না হন্না পোক্লুনা লৈরগা ব্রহ্মাগী অহিং লাক্লবদা কর্ম্মগী মখা পোন্দুনা লুপ্তুনা লৈ, অহুগা ব্রহ্মাগী নুংথিল লাক্লবদা অমুক হন্না ফোংদোকই ॥ ১৯ ॥

অথবা বা

ঙমখৈ লৈতবা মতমদগী হৌহুনা সংসারসি অমগী মতুংদা অমা লাক্লুনা চৎলক্লিবনি। মহুদা অহানবগী তাইবংদগী অকোনবগী তাইবং অতোপ্পা অমা ওইরবসু মওং মতৌদদি করিমত্ত খেন্নদে হান্নগী তাইবং অহুমক ওইনা উই। খুদম ওইনা অহিং নুংথিল অনীসি অমগী মতুংদা অমা লাক্লুনা লৈশেম্বদগী হৌহুনা হৌজিক ফাওবা লাক্লিবনি অহুগা মসি লৈমাং (প্রলয়) ফাওবা চত্তুনা লৈগদবনি। মসিদা ঙসিগী নুংথিলসি ঙরাংগী নুংথিলগুম্না অহুমক উই, নুংথিলগী মওং মতৌদা করিমত্ত খেন্নদে অহুগা ঙরাংগী অহিং ঙসিগী অহিংদগী অতোপ্পা অমা ওইরবসু অনীসিগী মওং মতৌদা খেন্নবা লৈতে। মতৌ অসুম্না লৈমাং (প্রলয়) অমসুং লৈশেম (সৃষ্টি) অনী অসিসু অমগী মথংদা অমা লাক্লুনা অকায়বা লৈতনা চৎলিবনি মসি করম্বা মতমদগী হৌখিবনো হায়বসি অরেপ্পা লৈতে অহুগা করিগুম্বা মতম অমদা লোইখিগনি হায়বসু য়াদে মসি হৌনশা ওইনা অমগী মতুংদা অমা লাক্লুনা শোয়দনা লৈগনি। অহুগা মওং মতৌদদি করিমত্ত খেন্নবা লৈরোই। মরম অসিনা বেদনা অসুম্না হায়রি—

সূর্য্যাচন্দ্রমসৌ ধাতা যথাপূর্ব্বমকল্পয়ৎ।
দিবঞ্চ পৃথিবীঞ্চান্তরীক্ষমথো স্ব ॥

(ঋগ ১।১৯।৩)

"ধাতা ব্রহ্মানা নুমিৎ অমসুং থাবু অহানবা কল্পদা ওইখিবা অহুগুম্নমক কল্পসিগী অহোবদা অমুক শেমখি, মতৌ অহুম্না দ্যুলোক, পৃথিবীলোক, অন্তরীক্ষলোক অমসুং স্বর্গবুসু শেমখি।"

অসিগুম্বা সংসারসিদা থৱায় পানবা জীব পুম্নমকসু মখোয় মখোয়না হান্না তৌখিবা কর্ম্ম শিং অহুগী মখা পোন্দুনা মহুগী মতুং ইন্নগা মখল মখা অয়াম্বা হকচাং লৌদুনা কোয়চং চত্তুনা

লৈরিবনি অমসু, অবা নুংঙাই ফংলিবনি মতুংদসু মোক্ষ ফংদ্রিফাওবা শোয়দনা কোয়হনা লৈগদবনি। মসিবু শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণদসু অসুম্না হায়রি—

কর্ম্মাণি কর্ম্মভিঃ কুর্ব্বন্সনিমিত্তানি দেহভৃৎ।
তত্তৎকর্ম্মফলং গৃহ্ণন্ ভ্রমতীহ সুখেতবম্ ॥
ইৎথং কর্ম্মগতীর্গচ্ছন্ বহ্বভদ্রবহাঃ পুমান্।
অভূতসম্প্লবাৎ সর্গপ্রলয়াবশ্নুতেহবশ ॥

(ভাগ ১১/৩/৬৭)

"হকচাংবু লৌদুনা লৈবা জীবাত্মাসিনা খোঙখুৎনচিবা কর্ম্মেন্দ্রিয়শিংনা মখল মখা অমাম্বা কর্ম্ম তৌদুনা লৈবদগী মগুগী অৱাবগী মশক ওইবা মহৈ চাবগীদমক সংসারদা কোয়দুনা লৈ। মতৌ অসুম্না কর্ম্মগী মৎেবু যংনা অমসু, যভবা কয়ামুকপু য়েংহনা জীবসিনা কর্ম্মগী মখা পোন্দুনা প্রলয় লাক্তিবা ফাওবা পোক্ল শিরা তৌদুনা লৈ।"

মরম অসিনা মীওইনা পোক্তুনা লৈবা মতমসিদা মোক্ষ ফংনবা হোৎনবসি য়াম্না চুমই অহুগা মীওইবগী মপোক ফংবসিসু য়াম্না তাঙই হায়না শ্রীভগবান্না তাকপনি ॥ ১৯ ॥

মতৌ অসুম্না কর্ম্মগী মখা পোন্দুনা লৈবা জীবশিংনা পোক্ল শিরা তৌহনা লৈ হায়বসি তাক্লনা "আব্রহ্মভুবনাল্লোকাঃ পুনরাবর্ত্তিনঃ" (৮/১৬) হায়খিবহুগী ব্যাখ্যা তৌরগা হৌজিক "মামুপেত্য তু কৌন্তেয় পুনর্জন্ম ন বিদ্যতে" (৮/১৬) হায়খিবহুগী ব্যাখ্যা শ্লোক অনীনা তৌরি—

পরস্তস্মাৎ তু ভাবোহন্যোহব্যক্তোহব্যক্তাৎ সনাতনঃ।
যঃ স সর্ব্বেষু ভূতেষু নশ্যৎসু বিনশ্যতি ॥ ২ ॥
অব্যক্তোহক্ষর ইত্যুক্ত স্তমাহু পরমাং গতিম্।
যং প্রাপ্য ন নিবর্ত্তন্তে তদ্ধাম পরমং মম ॥ ২১ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — অব্যক্তাৎ—অচৎ চত্ত তাইবঙ পুম্নমকী মরম ওইনা ফোঙদোক্তনা লৈবা হিরণ্যগর্ভ (ব্রহ্মা) তস্মাৎ তু=অহুদগীসু পর—অথোইবা, অন্য—অতোপ্পা, অব্যক্ত—মওঙ-মতৌ লৈত্তবদগী মিৎ মাকোংনচিবা ইন্দ্রিয়শিনা লৌবা ঙমদবা সনাতন=মতম পুম্নমক্তা লেঙদনা লৈবা, য ভাব—পরব্রহ্মগী মশক ওইবা অসিগুম্বা পোৎ, স—মহাক অহুদি, সর্ব্বেষু ভূতেষু—হিরণ্যগর্ভ ব্রহ্মাদগী হৌহনা অচৎ চত্ত তাইবঙ পুম্নমক, নশ্যৎসু—মাঙখিবদসু ন বিনশ্যতি=মাঙদে ॥ ২ ॥ মতৌ অসুম্না— অব্যক্ত=ইন্দ্রিয়শিংনা লৌবা খঙবা ঙমদবা, অক্ষর—মাঙ তাকপা লৈত্তবা, ইতি উক্ত=অসুম্না হায়খিবা, তং=মহা অহুবু পরমাং গতিং—খ্বায়দগী অথোইবা লমথুংকফি, আহু—অসুম্না শ্রুতি স্মৃতিনচিংবনা হায়, যং প্রাপ্য—অসিগুম্বা লমথুংকম অসিবু

য়োরগা ন নিবর্ত্তন্তে=মী শিংনা তাইবঙসিদা অমুক হল্লক্তে, তৎ=অদুগুম্বা লমথুংক্তম অদু মম—সাক্ষাৎ (শংশঙনা) পরব্রহ্মগী মশক ওইবা কৃষ্ণ ঐগী, পরম ধাম—খ্বায়দগী অথোইবা শকফম্নি ॥ ২১ ॥

**অপ্নবা অর্থ ঃ—** অচৎ চত্ত তাইবঙ পূম্নমক্কী মরম ওইনা ফোঙদোক্লনা লৈবা হিরণ্যগর্ভ ব্রহ্মা অদুদগীস্নু হেনবা অমম্নু, ঈতোপ তোপ্পা অদুগা ইন্দ্রিয়শিংনা লোবা ঙমদবা অমস্নু, মতম পূম্নমক্তা লেঙদনা লৈবা পরব্রহ্মগী মশক ওইবা পোৎ অদুদি তাইবঙ পূম্নমকসি মাঙগ্রবস্নু মাদি মাঙদনা লৈ । ‍ । মতৌ অস্তুম্না ইন্দ্রিয়শিংনা লোবা খঙবা ঙমদবা অমস্নু, অমাঙ অতা লৈতবা অর্স্মুম্না হায়খিবা মহাক অদুবু খ্বাযদগী অথোইবা লমথুংকম্নি অস্নুম্না হায় অসিগুম্বা লমথু ক্তমসিবু য়োরগা মী শিংনা তাইবঙসিদা অমুক হল্লক্তে, অদুগুম্না লমথু ক্তম অদু সাক্ষাৎ পরব্রহ্মগী মশক ওইবা কৃষ্ণ ঐগী খ্বাযদগী অথোইবা শকফম্নি ॥ ২১ ॥

## অথূপ্পা বা

হিরণ্যগর্ভবু কার্য্যব্রহ্ম (থবক্কী মশক ওইবা ব্রহ্ম) হায়নস্নু কৌই । খ্বায়দগী ইহান হানবদা মায়ানু উপাধি ওইনা লৌদূনা লৈবা পরব্রহ্ম পরমেশ্বরনা মায়া অদুদগী তন্মাত্র কৌবা আকাশ নচিংনা ভূত মঙাগী অকুপ্পা শরুকশিংবু শেমই । অকুপ্পদগী অপোবা ওইরকই হায়বসি সৃষ্টিগী নিয়মনি (লৈশেমলোন্নী । অকুপ্পা তম্মাংশিং অদুবু উপাধি ওইনা লৌদূনা ফোঙদোক্লনা লৈবা পরমাত্মামক হিরণ্যগর্ভ ব্রহ্মানি । অসিগুম্বা হিরণ্যগর্ভসিনা মরম ওইদুনা অকুপ্পা তাইবঙদগী অপোবা তাইবঙসি ওইরক্লিবনি । মতৌ অস্নুম্না হিরণ্যগর্ভ পোকপা শিবা নাইবা মরমদগী মঙোন্দগী অথোইবা অমস্নু, অতোপ্পা পরমাত্মা অদুদি মাগী উপাধি মায়ানা ওইবা তাইবঙ পূম্নমকসি মাঙখ্রবস্নু লেঙদনা নিত্য ওইনা লৈ । মঙাক্তি ঐশ্বোয়গী ইন্দ্রিয়শিংনা লোবা (খঙবা) য়াবা পোৎ নত্তে মশা মতোমদা ঙান্থোক্লনা লৈবা ষ চিৎ অমস্নু, আনন্দগী মশক্তি, মহু শ্রীভগবানগী অশেংবা মশক্তি অনস্নু, খ্বায়দগী অথোইবা লমথুংফম্নি তাইবঙসিদা মহুদগী হেনবা লমথু ক্তম অমা লৈত্রবনি । মরম অসিনা শ্রুতিনা অস্নুম্না হায়রি—"পুরুষান্না পরং কিঞ্চিৎ সা কাষ্ঠাসা পরাগতি" (কঠ ১।৩।১১)—"থরায়পানবা পূম্নমক্কী থম্মোয়দা শীনথুংনা লৈবা পুরুষতগী (পরমাত্মাদগী) অথোইবা করিগুম্বা পো অমত্ত লৈতে মঙাক অরোইবা ঙমৈখেনি অমস্নু, খ্বায়দগী অথোইবা য়োনফম্নি (পন্থুংফম্নি)।" অসিগুম্বা সাক্ষাৎ পরমাত্মাগী মশক ওইবা লমথুংক্তমসিবু শীনথুংনা লৈবা বিষ্ণুগী পদনি হায়নস্নু হায়নৈ মসিবু ফংলবদা জীবনা তাইবঙসিদা অস্নুক হল্লক্তে । শ্রুতিনস্নু অস্নুম্না হায়রি—"তদ্বিষ্ণোঃ পরমং পদং যত্র গত্বা ন নিবর্ত্তন্তে যোগিন." (না প উ ৯।২০)—"মহুদা চলগা (মফম অদু য়োরবদি) যোগীশিংনা অমুক হল্লক্তে, অদুগুম্বা মফম অদু বিষ্ণুগী অথোইবা পদনি (খুংনফম্নি হায়বদি পন্থুংফম্নি) ॥ ২০, ২১)

ঐীজিক ইবু ঙো মাবু ফংনবা অথোইবা উপায়বু অস্থুম্না তাক্লি—

**পুরুষ স পরঃ পার্থ ভক্ত্যা লভ্যস্ত্বনন্যযা।**
**যস্যান্তঃস্থানি ভূতানি যেন সর্ব্বমিদং ততম্ ॥ ২২॥**

**অন্বয ব্যাখ্যা ঃ—** পার্থ—পৃথাগী ( কুন্তীগী ) মচা হে অর্জুন ! যস্য = ইবু ঙো মাগী অন্ত স্থানি = মনু দা লৈবা ভূতানি—অচং চত্ত পুম্নমকনি অহুগা—যেন = ইবু ঙো ম না সর্ব্ব, ইদ = লেঙলি পাল্লিবা পুম্নমকসি তত = শীনথুংনা লৈরিবনি স = অহুগুম্বা কৃষ্ণ ঐগী অশেংবা শরুম ওইবা, পর পুরুষ = থরায়পানবা পম্নমক্কী থম্মায়দা লৈবা খ্বায়দগী অথোইবা পুরুষ অহুবুদি, অনন্যয়া ভক্ত্যা —পুক্নী, অনী লোঙদনা তৌরিবা ভক্তি অহুতনা লভ্য —ফংবা ঙমগনি । ২২ ।

**অপুনবা অর্থ ঃ—** হে অর্জুন । অচং চত্ত পোং পম্নমকসি ইবু ঙো মাগী মনুংদা লৈবা ঙাক্নি অহুগা ইবু ঙো মানা লেঙলি পাল্লিবা পুম্নমকসিদা শীনথুংনা লৈরিবনি অহুগুম্বা খ্বায়দগী অথোইবা বৃষ্ণ এগী শরুম ওইবা পরুষহুবু স্বপ্না পুক্নী, অনী লোঙদনা তৌবা ভক্তিদনা ফংবা ঙমগনি ।২২।

অথূপ্পা বা

শ্লোক অসিদা শ্রীভগবান মশামক্না ইবু ঙো মাগী অশে বা শরুম অহুবু নী থিনা তাক্লি অহুগা মহুগা লোয়ননা তাক্লিবা শরুম অহব শংশঙনা খঙনবা উপায়বুস্থু হায়রি। ইবু ঙো মহাক্তি লেঙলি-পাল্লিবা তাইবঙসিগী চঙজকম ( লৈফম ) ওইবা মরমদগী পুম্নমক্না শীনথু না লৈ তাইবঙসিদা মঙোন্দা চঙজদনা লৈতবা পোং অমত্ত লৈতে পুম্নমক মঙোন্দা চঙজহুনা লৈবা ঙাক্কনি অহুগা মঙোন্দা চঙজহুনা লৈ হায়না উরিখঙলিবা পোং পুম্নমক অহস্থু অশে বা মওঙদদি মঙোন্দগী অতোপ্পা নত্তে ইবু ঙো মাগী তৌবা ঙম্বা শক্তি ওইবী মায়ানা মরম ওইহুনা ইবু ঙো মহাকমকপু অজ্ঞানী ওইবা জীবশিংনা মখল মথা অয়াম্বা অতোপ্পা পোংশিংগী মতৌগুম্না উবনি। খুদম ওইনা হায়ররদি থৌরী মকক্না মহুবু ( থৌরীমকক্কুবু ) খঙদবগী মশক ওইবা অজ্ঞানমা মরম ওই না লিল উই উরিবা লিল অহ থৌরী মকক অহুদা লৈ অমস্থু লিল অহুদা থৌরী মকক শীনথুংনা লৈ অহুগা অশেংবা মওঙদা লিল থৌরীমকক অহুদগী অতোপ্পা নত্তে। মতৌ অস্থুম্না ইবুংঙো মাগী মশক খঙদবগী মশক ওইবা অজ্ঞাননা মরম ওইহুনা সংসারগী পোং পুম্নমকসি ইবু ঙো মঙোন্দা উবনি অমস্থু, পুম্নমক্না ইবুংঙো মহাক শীনথুংনা লৈবনি। অহুগা থৌরী মকক্কী জ্ঞান ওইরবা মতমদা হায়রবদি থৌরী মককনি হায়না খঙলবা মতম অহমক্কদা লিল লৈতবগুম্না ইবু ঙো মাগী অশে বা মশক্কী জ্ঞান লৈরবদা তাইবঙ অসিস্থু লৈরোইদবনী স্বপ্না ইবুংঙো মহাক মতোমতনি হায়বসি খঙগদবনি। মরম অসিনা শ্রুতিনা অস্থুম্না হাযরি—

**সর্পাদৌ রজ্জুসত্তেব ব্রহ্মসত্তৈব কেবলম্।**
**প্রপঞ্চাধারব্রূপেণ বর্ত্ততেঽতো জগন্নহি॥** ( আ প্র উ ১২ )

"থৌরী মকক্তী লৈ হায়বা সত্তা অহুমক্ত লিমচিংবদা উবগী মতৌগুম্না সুপ্পা ব্রহ্মগী লৈ হায়বা সত্তা অহুমক্ত লেঙলি-পাল্লিবা তাইবংগী চঙজকম লৈনফম ওইবা লৈ, মরম অসিনা অশেংবা মওংদা জগৎ ( তাইবং ) লৈতে।"

অহুগা ইবুংঙো মানা তাইবং পুম্নমকসিদা শীনথুনা লৈ হায়বসিবুসু শ্রুতিনা অসুম্না তাক্লি—"ঈশাবস্যমিদং সর্ব্বম্" ( শুক্লযজুর্বেদ ৪ ।১ )— পরমাত্মানা জগৎ পুম্নমকসিবু কুপ্পুনা থমগদবনি হায়বদি পুম্নমক্না পরমাত্মাবু য়েংগদবনি।"

যস্মাৎ পরং নাপরমস্তি কিঞ্চিৎ
যস্মান্নাণীয়ো ন জ্যায়োস্তি কশ্চিৎ।
বৃক্ষ ইব স্তব্ধো দিবিতিষ্ঠত্যেক
তেনেদং পূর্ণং পুরুষেণ সর্ব্বম্॥

( শ্বেত উ ৩।৯ )

"মহুদগী অথোইবসু লৈতে থোইদবসু লৈতে অহুগা মহুদগী অতোপ্পা করিগুম্বা অকুপ্পা অমসু লৈতে অপোবসু ( অচৌবসু ) লৈতে। ম াক মতোমদা মশাগী লেংদবা অঙানবা মওং অহুদা উপাম্বীগী মতৌগুম্না ভূমিন্না লৈ অসিগুম্বা পুরুষ (পরমাত্মা) অহুনা পুম্নমকসি থম্না লৈখিবনি।

অহুগা অসিগুম্বা ইবুংঙো মাবু খংনবা অথোইবা উপায়দি পুক্নীং অনী লোংদনা মাগী ভক্তি তৌজবা অসিনি হায়বসি তাক্লি। ভাক্ত তৌজহুনা ইবুংঙো মাবু পেলহনবা নত্তনা ইবুংঙো মাগী মশক খংনবা অতোপ্পা উপায় লৈতে। জ্ঞানগী উপায় ভক্তিনি। মরম অসিনা ইবুংঙো মাগী মশক খংহনবীয় হায়না পুক্নীং অনী লোংদনা ভক্তি তৌজগদবনি মহুতদা মাবু অশেংবা খংহুনা মাবু ফংবা ঙমগনি, মসিবু তুংদসু অসুম্না হায়গনি—

ভক্ত্যা মামভিজানাতি যাবান যশ্চাস্মি তত্ত্বতঃ।
ততো মাং তত্ত্বতো জ্ঞাত্বা বিশতে তদনন্তরম্॥

( গীতা ১৮।৫৫ )

"ভগবান কৃষ্ণ ঐসি অশেংবা মওংদা করামুক পাক চাউনা লৈ অমসু করম্বা শক্তমমো হায়বসিবু ভক্তিনা মরম ওইহুনা ভক্তনা খংবা ঙমই মহুদগী কৃষ্ণ ঐবু অশেংবা শক্তমদা শংশংনা খংলগা মতু দা মহাক কৃষ্ণ ঐঙোন্দা তিল্লী।"

শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণদসু অসুম্না হায়রি—"ভক্ত্যাহহমেকয়া গ্রাহ্য শ্রদ্ধয়াত্মাপ্রিয়ঃ সতাম্॥" ( ১১।১৪।২১ )— "সাধু ওইবা মী শিংগী নুংশিবা আত্মাগী মশক ওইবা কৃষ্ণ ঐসিবু শ্রদ্ধাগা লোয়নবা ভক্তি ওইবা উপায় অসিমত্তনা লৌবা ( খংবা ) য়াই।" মরম অসিনা ইবুংঙো মাবু অশেংবা শক্তমদা খংনীংবা অমসুং ফংনীংবা মীশিংনা অনী লোংদবা পুক্নীংনা ঙম্নমখৈ ইবুংঙো মাগী ভক্তি তৌজহুনা লৈরনবা হোৎনগদবনি॥ ২২।

ভক্তিনা মরম ওইদুনা ইবুংঙো মাবু শংশঙনা খঙলবদি প্রারব্ধ কর্ম্ম লোইদুনা শিবমক্তদা ইবুংঙো মঙোন্দা তিনবগী মশক ওইবা কৈবল্য মোক্ষ ফংই মসিদগী অমুক চংকদবা মকম লৈতে, অদুবু সগুণ ব্রহ্মগী মশক ওইবা ইবুংঙো মহাকী ভক্তি তৌজদুনা লৈবা অমসুং শিক্রিঙৈগী মমাঙদা মাবু শংশঙনা খঙহৌদবা ভক্তশিংসু শিরবা তু দা হিরণ্যগর্ভগী সত্যলোকতা চংলগা মাগী ( হিরণ্য গর্ভগী ) পুন্সি লোইবদা মাগা লোয়মনা কৈবল্য মোক্ষ ফংই হায়বসি তাকে হায়বগীদমক ক্রমমুক্তিগী ( মথ মথ ওইনা ফংগদবা মুক্তিগী ) লম্বী অমসু তাইবঙদা অমুক হল্লকদবা পিতৃলোককী লম্বী অনীসিবু অসুম্না তাকপা হৌই—

যত্র কালে ত্বনাবৃত্তিমাবৃত্তিঞ্চৈব যোগিন ।
প্রযাতা যান্তি তংকালং বক্ষ্যামি ভবতর্ষভ ॥ ২৩॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — ভরতর্ষভ—ভরত শাগৈগী অথোইবা হে অর্জ্জুন। যত্র কালে তু—অসিগুম্বা মতম্না খঙহল্লিবা লম্বীদুদ প্রযাতা =শিরগা চংখিবা যোগিন =উপাসক ধ্যান যোগী অমসুং কর্ম্মদবু তৌদুনা লৈবা কর্ম্মযোগীশিংনা অনাবৃত্তি =অমুক হল্লক্রবোইদবা চ=অদুগা আবৃত্তিং এব—শোয়দনা অমুক হল্লকদবা লম্বীদা যান্তি—চংলী তং কালং =অদুগুম্বা মতমদুনা খঙহল্লিবা লম্বীদবু বক্ষ্যামি=কৃষ্ণ ঐনা হায়গে ॥ ২৩ ॥

অপুনবা অর্থ .— ভরত শাগৈগী অথোইবা হে অর্জ্জুন। অসিগুম্বা মতমদা শিদুনা চংখিবা উপাসক ধ্যানযোগীশি অমসু কর্ম্মযোগীশিংনা অমুক হল্লক্রবোইদবা অমসুং শোয়দনা অমুক হল্লকদবা লম্বীদা চংলী অদুগুম্বা মতম অদুনা খঙহল্লিবা লম্বী অদুবু কৃষ্ণ ঐনা হায়গে ॥ ২৩ ॥

অথুপ্পা বা

নুমিংনা অরা লোমদা ওন্দুনা চংপগী থা তরুকপু উত্তাবায়ণ কাল (মতম) কৌই অদুগা মথারোমদা ওন্দুনা চংপগী থা তরুকপু দক্ষিণায়ন কাল কৌই। মতম অনীসিনা খঙহল্লিবা লম্বীবু দেবযান অমসুং পিতৃযান কৌই হায়বদি উত্তরায়ণগী মতম্না খঙহনবা লম্বী দেবয়ান কৌই মসিবু অর্চিরাদিমার্গ হায়নসু কৌই অদুগা দক্ষিণায়নগী মতমনা খঙহনবা লম্বী পিতৃযান কৌই মসিবু ধুমাদিমার্গ হায়নসু কৌই। সগুণ ব্রহ্মগী মশক ওইবা শ্রীভগবানগী পুক্নীং অমী লোঙদনা উপাসনা তৌদুদা শিখিবা ধ্যানযোগীশিংনা দেবযানগী লম্বীদা চত্তুনা ব্রহ্মলোক হায়বদি সত্যলোক য়ৌরগা মদুদগী অমুক হল্লক্তে মদুদা লৈনা লৈনা নির্গুণ ব্রহ্মগী অশেংবা জ্ঞান শংশঙনা ফংদুনা মহাপ্রলয়গী মতমদা ব্রহ্মদা তিল্লী অদুগা উপাসনা নীংথিনা তৌদবা কর্ম্মদবু মরু ওইনা তৌবা কর্ম্মযোগীশিংনা পিতৃযানগী লম্বীদা চত্তুনা পিতৃলোক য়ৌরগা মদুদা কর্ম্মগী মহৈ চাদুনা লৈরবা মতুংদা অমুক হন্না মালেমসিদা ( পৃথিবীসিদা ) হল্লকই। মরম অসিনা ব্যবহারদা চংনবগী মতুং ইন্না 'উত্তরায়ণদা শিবনা ফৈ অদুগা দক্ষিণায়নদা শিবা ফত্তে হায়বৈ। মতৌ অসুম্না মতমগী মরমদা বিচার তৌদুনা য়েংবদা উত্তরায়ণগী মতমসি দক্ষিণায়নগী মতমদগী অফবা ওইরবসু

উত্তরায়ণদা শিবা মী দেবযানগী লম্বীদা শোয়দনা চংকনি অদুগা দক্ষিণায়না শিবনা পিতৃযানগী লম্বীদা শোয়দনা চংকনি হায়বা অয়েক্পা নিয়ম লৈতে। পাপীদগীদু পাপী ওইবা অমসুং শিরবা মতুংদা নরকতা শোয়দনা চংকদবা মী কয়ামুকসু প্রারব্ধ কর্ম্ম লোইখিবা মরম্না উত্তরায়ণগী মতমদা শি অদুবু মখোয় দেবযানগী লম্বীদা চত্তে অদুগা পিতৃযানগী লম্বীদসু চত্তে মখোয়গী লম্বীদি অহুমশুবা অতোপ্পা লম্বী অমনি হায়বসিবু শাস্ত্রনা লাউহুনা তাক্লি। মতৌ অদুম্না দক্ষিণায়নগী মতমদা শিবা মীনা পিতৃযানগী লম্বীদা শোয়দনা চংলি হায়বা য়াদে। সগুণ ব্রহ্মগী উপাসক ওইবা মীনা প্রারব্ধ কর্ম্মগী মতুং ইন্না দক্ষিণায়নগী মতমদা শিরবসু ক্রমমুক্তি ফংনবগীদমক মহাক দেবযানগী লম্বীদা শোয়দনা চংকনি অদুগা কর্ম্মযোগীনা উত্তরায়ণগী মতমদা শিবা থোক লবসু পিতৃলোক ফংনবগীদমক পিতৃযানগী লম্বীদা শোয়দনা চ কনি দেবযানগী লম্বীদা চংলোই। মরম অসিনা সগুণ ব্রহ্মগী উপাসক ধ্যানযোগীশিংগী মরমদা বেদান্ত দর্শনদা অমুম্না হায়রি— "অতশ্চায়নেঽপি দক্ষিণে (৪।২।২)—"প্রারব্ধ কর্ম্মগী মতুং ইন্না শিবদা নিয়ম লৈতবা মরম্না সগুণ ব্রহ্মগী উপাসক দক্ষিণায়নগী মতমদা শিবা থোক্লবসু দেবযানগী লম্বীদা চত্তনা ক্রমমুক্তিবু ফংই। মরম অসিনা ভীষ্ম পিতামহনা শরশয্যাদা হীপ্তুনা লৈরগা উত্তরায়ণ লাকপা ঙাইহুনা লৈখিবা অদুদি মাগী মপা শান্তনু নি থৌনা পেন্দুনা মংবু ইচ্ছামরণগী (অপ ম্বা মতমদা শিবা ঙম্মু হায়বা) বর পীখিবা অদুবু ফোঙদোক্নে (খঙহনগে) অমসু মীওইবনা মপাবু সেবা তৌবদা মহৈ য়াম্না লৈ হায়বসিবু খঙহনগে হায়বগীদমক্কনি দক্ষিণায়নদা শিরবদি দেবযানসী লম্বীদা চংগা ঙম্মোই হায়দুনা শরশয্যাদা হীপ্তুনা লৈখিবা নত্তে। মরম অসিদগী শ্লোকসিদা শ্রীভগবান্না হায়রিবা মতমসিবু মতম ওইনা লৌদনা মতম অদুনা খঙহনবা লম্বী ওইনা লৌগনি ॥২।

হৌজিক সগুণ ব্রহ্মগী উপাসকশিংনা চংকদবা দেবযানগী লম্বীদুবু শ্রীভগবান্না অমুম্না হায়রি—

অগ্নির্জ্যোতিরহঃ শুক্লঃ ষণ্মাসা উত্তরায়ণম্।
তত্র প্রয়াতা গচ্ছন্তি ব্রহ্ম ব্রহ্মবিদো জনাঃ ॥২৪॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** —অগ্নি জ্যোতিঃ=মঙালগী মশক ওইবা মৈগী দেবতা, অহঃ=নুংথিলগী দেবতা শুক্লঃ=পানথংলকপা থাথায়গী দেবতা, উত্তরায়ণং=নুমিৎনা অরাংলোমদা চংপা, ষটমাসা =থা তরুকী দেবতা, মতৌ অমুম্না দেবতাশিং মথং-মথং লৈবা, তত্র=দেবযান কোবা লম্বীদুদা প্রযাতা=শিরগা চংখিবা ব্রহ্মবিদ জনা=সগুণ ব্রহ্মগী উপাসনা তৌবা মী শিংনা, ব্রহ্ম গচ্ছন্তি =হিরণ্যগর্ভগী মশক ওইবা কার্য্যব্রহ্মবু ফংই ॥২৪॥

**অপুনবা অর্থ** — মঙালগী মশক ওইবা মৈগী দেবতা নুংথিলগী দেবতা, পানথংলকপা থাথায়গী দেবতা, নুমিৎনা অরাংলোমদা চংপা থা তরুকী দেবতা, মতৌ অমুম্না দেবতাশিং মথং মথং লৈব দেবযান কোবা লম্বীদুদা শিরগা চংখিবা সগুণ ব্রহ্মগী উপাসকশিংনা হিরণ্যগর্ভগী মশক ওইব কার্য্যব্রহ্মবু ফংই ।২৪।

অথুপ্পা বা

শ্রীভগবানগী দেবযানগী লম্বীসিবু মফমসিদা য়াম্না শম্না তাকই। ছান্দোগ্য উপনিষত্তদি মসিবু মপু, যানা শব্দোক্তা অমুম্না হায়রি—"যে চেমেঽরণ্যে শ্রদ্ধা তপ ইত্যুপাসতে তেঽর্চিষম ভিসংভবন্ত্যর্চিষোঽহরহ্ন আপূর্য্যমাণপক্ষমাপূর্য্যমাণপক্ষাদ্ যান্ ষডুদঙেতি মাসাংস্তান্। মাসেভ্যঃ সংবৎসরং সংবৎসরাদাদিত্যমাদিত্যাচ্চন্দ্রমসং চন্দ্রমসো বিদ্যুতং তৎপুরুষোঽমানব স এনান্ব্রহ্ম গময়ত্যেষ দেবযান পন্থা ইতি॥" (ছা উ ৫।১।১২)—"উমং নচিংবদা শ্রদ্ধাগা লোয়ননা তপ তৌহনা সগুণ ব্রহ্মগী উপাসনা তৌবা মী-শিংহুবা শিরগা খায়গী অহানবদা মৈগী দেবতাবু ফংই মৈগী দেবতাদগী নুংথিলগী দেবতা, নুংথিলগী দেবতাদগী পানথৎলকপা থাথায়গী দেবতা পানথৎলকপা থাথায়গী দেবতাদগী নুমিৎনা অরা লোমদা চৎপা থা তরুক্কী দেবতা, মতুদগী চহীগী দেবতা চহীগী দেবতাদগী নুমিৎকী দেবতা নুমিৎকী দেবতাদগী থাগী দেবতা থাগী দেবতাদগী নোংথাঙগী দেবতা ফং। মতৌ অমুম্না মীওইবা নত্রগা নোংথাঙগী দেবতা অহুনা উপাসক মখোয়শিংহুবু কার্য্যব্রহ্মগী মফক ওইনা হিরণ্যগর্ভবু ফংহল্লী, মসি দেবযানগী লম্বীনি।"

হায়রিবা মৈনচিংবা পুম্নমকসি লেপফম থুংফম ওইবা মফমশিংনি। মরম অসিনা কৌষিতকি ব্রাহ্মণ উপনিষত্তা অমুম্না হায়রি—"স এতং দেবযানং পন্থানমাপদ্যাগ্নিলোকমাগচ্ছতি" (কৌ উ ১।৩) "উপাসক অহুনা দেবযানগী লম্বী অসিবু ফংলগা অহানবদা অগ্নিলোক্তা লাকই (চংলী) — — " অসিনচিংবা।" অহুবু মতা অসিদা লেপফম (পেনফম) ওইবা লোকশিংহুবু লৌবা তৌদনা লোকশিংহুগী মপু ওইনা লৈরিবা অভিমানী দেবতা ওইনা লৌগদবনি হায়বসিবু বেদান্ত দর্শনদা বিচার তৌহুনা অমুম্না তাকই—"আতিবাহিকাস্তল্লিঙ্গাৎ" (৪।৩।৪) —"দেবযানগী লম্বী ওইনা তাক্লিবা মৈনচিংবা পুম্নমকসি লেপফম থুংফম লোক ওইনা লৌরোইদবনি, মখোয়বু আতিবাহিক লাই ওইনা লৌগদবনি হায়বদি— শিন্নগা দেবযানগী লম্বীদা চৎলিবা উপাসকশিংহুবু লম্বীদা লাকপা মফম অমদগী মাঙগী (মথংগী) অতোপ্পা মফম অমদা মথং-মনাও নাইনা পুহুনা য়ৌহনবা লাইশিংনি হায়না লৌগদবনি।" মসিগী মরমদি লম্বী তাকপা মন্ত্রসিগী অরোইবদা অমুম্না হায়রি—"তৎপুরুষোঽমানব স এনান্ ব্রহ্ম গময়তি" (ছা উ ৪।১।২)—"মী নত্তবা বিদ্যুৎ লোক্কী (নোংথাঙগী লাই অহুনা উপাসকশিংহুবু ব্রহ্ম ফংহল্লী।" মতৌ অমুম্না অরোইবদা অমুম্না হায়বসিদগী অহানবগী অতোপ অতোপ্পা মফমশিংদমু শিন্নগা চৎথিবা উপাসকশিংহুবু মফম মফমহুগী অভিমানী লাইশিংহুনা মফম অহুদগী মাঙগী (মথংগী) মফম অমদা পুহুনা চৎলী হায়বসি শঙহল্লী। মসিদ নত্তনা—"উভয়ব্যামোহাত্তৎসিদ্ধেঃ" (বে দ ৪।৩।৫)— "শিন্নগা দেবযানগী লম্বীদা চৎলিবা উপাসকশিংহুগী হকচাং লেত্তবা মরম্না ইন্দ্রিয় পুম্নমক অন্তকরণদা তিল্লুনা লৈবদগী মখোয় বাহহুনা লৈ, মতুদগী

মসিদগী মথ-মনাও কায়দনা মকম মকম অদুগী অভিমানী দেবতাশিংনা কর্ম্মযোগীশিংবু পুদুনা চৎলগা মখোয়না তৌখিবা কর্ম্মগী মতুং ইন্না পিতৃলোক নত্রগা চন্দ্রলোক ( স্বর্গ ) য়ৌহল্লী হায়না লৌগদবনি। পিতৃলোক নত্রগা স্বর্গদা মখোয়না তৌখিবা কর্ম্মশিংগী মহৈ চাবা লোইরবা মতুংদা অমুক হল্লকই হায়বসিবু অস্মুম্না তাক্লি— "তস্মিন্ যাবৎ সংপাতমুষিত্বাঽথৈতমেবাধ্বানং পুনর্নিবর্ত্তন্তে যথেতম্॥" ( ছা উ ৫।১।৫ )— "পিতৃলোক নত্রগা স্বর্গদা পুণ্যকর্ম্মগী মহৈ চাদুনা লেল্লবা মতুংদা অহানবদা চৎখিবা অদুগুম্না লম্বী অদুমক্তদা অমুক হল্লকই।" মতৌ অস্মুম্না শ্রুতিনা তাকপা লম্বী অনীবু লৌদুনা শ্রীভগবান্নসু শমুপ্না উত্তরায়ণ অমসুং দক্ষিণায়ন লম্বী অনীবু তাকপনি। ২৫।

হৌজিক মথক্তা হায়গ্রিবা লম্বী অনাসিবু লোইশিন্দুনা অস্মুম্না হায়রি—

শুক্লকৃষ্ণে গতী হ্যেতে জগত শাশ্বতে মতে।
একযা যাত্যনাবৃত্তিমন্যযাঽঽবর্ত্ততে পুন ॥ ২৬॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — শুক্লকৃষ্ণে—অঙৌবা ( মঙালগী মশক ওইবা অর্চ্চিনচিংবা ) অমসুং অমুবা ( অমম্বগী মশক ওইবা ধূম নচিংবা ) এতে গতী—লম্বী অনীসি জগত—সগুণ ব্রহ্মগী উপাসক অমসুং কর্ম্মযোগী অনীসিগী মশক ওইবা জগৎসিগী শাশ্বতে মতে হি=চমথৈ লৈবা মতমদগী চৎলক্লিবনি হায়বসিবু শাস্ত্রনা য়াহুনা ফাওরিবনি মখোয় অনীসিগী মনুংদা— একযা—অমনা ( মঙালগী মশক ওইবা অঙৌবা লম্বীনা ) অনাবৃত্তি—হল্লক্তবগী মশক ওইবা ক্রমমুক্তিবু যাতি—ফংই, অদুগা— অন্যয়া=অনীশুবা লম্বীনা ( অমুবগী মশক ওইবা লম্বীনা ) পুন আবর্ত্ততে—সংসারসিদা অমুক হল্লকই ॥ ২৬॥

**অপুনবা অর্থ** — অঙৌবা মঙালগী মশক ওইবা অর্চ্চিনচিংবা অমসুং অমুবা অমম্বগী মশক ওইবা ধূম নচিংবা লম্বী অনীসি সগুণ ব্রহ্মগী উপাসক অমসুং কর্ম্মযোগী অনীসমক সংসারসিদা ভমথৈ লৈরবা মতমদগী চৎলক্লিবনি হায়বসি শাস্ত্রনা য়াহুনা ফাওরিবনি। অনীসিগী মনুংদা অমনা (অর্চ্চিনচিংবা লম্বীনা ) অমুক হল্লক্তবগী মশক ওইবা ক্রমমুক্তি ফংই অদুগা অনীশুবা ধূম নচিংবা লম্বীনা অমুক হল্লকই ॥ ২৬॥

## অথূপ্পা বা

সগুণ ব্রহ্মগী উপাসকনা শিরবা মতুংদা দেবযানগী লম্বীদা চত্তুনা ব্রহ্মলোক য়ৌরগা মহুদা উপাসনাগী মহৈ চাবা লোইরবা মতুংদা মুক্তি ফংই, অদুগা সুপ্না কর্ম্মবুদা তৌবা কর্ম্মযোগীনা পিতৃযানগী লম্বীদা চৎলগা তৌখিবা পুণ্য কর্ম্মগী মতুং ইন্না স্বর্গ ফাওবা চৎলগা মহুদা পুণ্য কর্ম্মগী মহৈ চারগা মালেমসিদা অমুক হল্লকই হায়রিবাসি সুপ্না উপাসক অমসুং পুণ্যকর্ম্ম তৌবা মী-শিংগীদমকনি। পাপ তৌবা মী শিংগী লম্বীদি অনীসিদগী অতোপ্পা অমনি। মখোয়দি তৌখিবা পাপকী মতু ইন্না যমালয়দা (যমগী লৈকমদা) চত্তুনা মথল মথা অয়াম্বা পাপকী মহৈশিং চাগদবনি।

মরম অসিনা বেদান্ত দর্শনদা অস্থুম্না হায়রি— "সংযমনে ত্বনুভূয়েত্তরেষামারোহাবরোহৌ তদ গতিদর্শনাৎ" ( ৩।১।১৩ )— "ইতরেষাং = উপাসক অমসুং কর্ম্মী নত্তবা পাপী ওইবা মী শিংগীদি, স মমরে তু অনুভুয়—যমালয়দা চত্তুনা পাপকী মহৈ চারগা, আরোহাবরোহৌ= লাকপা, চংপা তৌই, তদ্গতিদর্শনাৎ—মরমদি মতৌ অস্থুম্না মখোয়গী অতোপ্পা লম্বীবু শ্রুতিনা হায়রি"— "এতয়োঃ পথোর্ন কতরেণচন তানীমানি ক্ষুদ্রাণ্যসকৃদাবর্ত্তীনি ভূতানি ভবন্তি। জায়স্ব ম্রিয়স্বেত্যেতত্তৃতীয়ং স্থানম্" ( ছা উ ৫।১০।৮ )— "দেবযান অমসুং পিতৃযান লম্বী অনীসিদা চত্তবা জীবশিংদি হন্না হন্না পোক্ন শিরা তৌবা অপীকপা জীবশিংনি। মখোয়দি পোকউ শিয়ু হায়বা নিযমসিদা লৈ মসি অহুমশুবা মফমনি ( লম্বীনি )।" মসিবু বৃহদারণ্যক উপনিষত্তসু অস্থুম্না হায়রি— "য এতৌ পন্থানৌ ন বিদুস্তে কীটা পতঙ্গা যদিদং দন্তশুকম্" ( বৃ উ ৬।২।১৬ )— "দেবযান অমসু পিতৃযান লম্বী অনীসিবু খঙদবা ( চত্তবা ) মীদি তীল কাং কৌজেং লিন্নচিংবা ওই।"

পরলোকপু থাজদবা পাগী ওইবা মী শিংগীদমক যমরাজ নসু কঠোপনিষত্তা নচিকেতাবু অস্থুম্না হায়রি —

> ন সাংপরায়ং প্রতিভাতি বালং
> প্রমাদ্যন্তং বিত্তমোহেন মূঢম্।
> অয়ং লোকো নাস্তি পর ইতিমানী
> পুন পুনর্বশমাপদ্যতে মে ॥ ( কঠ ২।৬ )

"লুপা-শংবাগী অপান্বনা শুমহৎনা করিমত্ত থৌওইদনা লৈরিবা অপঙবা মীনা পরলোকপু থাজদে, হৌজিক হি হনা লৈরিবা মালেম ( পৃথিবী লোক ) অসিদনি পরলোক লৈতে হায়না খঙলিবা মীচুদি যম ঐগী ইখা পোল্লুনা ঐগী ইনাক্তা হন্না-হন্না লাকই।"

মরম অসিনা লৌশিংতাবা মীনা পাপকী লম্বীবু থাদোক্লগা দেবযান নত্রগা পিতৃযানগী লম্বীদা চংনবা হোৎনবসি মথৌ ওইনা তৌগদবনি। মসি তৌরনা লৈবা মী হৌজিক হিংলিবগী মতমদসু পুক্নী মকা লাম্না তপধনা লৈব শুমগনি অদুগা শিরবা মতুংদসু য়াইফবা খুবম ফংগনি। ২৬।

দেবযান লম্বীগী ( শুক্লগতিগী ) মহৈ মোক্ষনি পিতৃযান লম্বীগী ( কৃষ্ণগতিগী ) মহৈ বন্ধনি ( তাইবং পুনবনি ) হায়না খঙলবা অমসুং অনীসিবু ফংনবা মরমবুসু চিংনবা লৈত্তনা লেপ্পবা মীনা থৌওইদবা তৌরোইদবনি হায়বসিনু তাক্লি—

> নৈতে সৃতী পার্থ জানন্ যোগী মুহ্যতি কশ্চন।
> তস্মাৎ সর্ব্বেষু কালেষু যোগযুক্তো ভবার্জ্জুন ॥ ২৭॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — পার্থ=পৃথাগী মচা হে ধনঞ্জয়। এতে সৃতী=দেবযান অমসুং পিতৃযানগী লম্বী অনীসিবু, জানন—দেবযানগী লম্বীনা মোক্ষ ফংনবনি অদুগা পিতৃযানগী লম্বীনা তাইবংদা পুনর্জন্ম অমুক্তা নীংথিনা খংলবা, কশ্চিৎ যোগী=কনাগুম্বা ধ্যানযোগী অমত্ত, ন মুহ্যতি—পিতৃযানগী লম্বীদা চংনবা থবক তৌদুনা শুমহত্তনা লৈতে তস্মাৎ=মরম অসিদগী, অর্জ্জুন=হে অর্জ্জুন। সর্ব্বেষু কালেষু=মতম লৈবা খিবিক্তা যোগ যুক্ত ভব=যোগী ওইদুনা লৈয়ু (পুক্নীং কাজিন্দুনা ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌরগা মোক্ষ ফংনবা হোৎনৌ) ॥ ২৭ ॥

অপুনবা অর্থ ঃ— পৃথাগী মচা হে ধনঞ্জয়! দেবযান অমসুং পিতৃয়ানগী লম্বী অনীসিগী মতৈ অমসুং মরমবু নীংথিনা খংলবা কনাগুম্বা ধ্যানযোগী অমত্ত শুমহত্তনা লৈতে, মরম অসিদগী হে অর্জ্জুন। মতম পুংমক্তা কাজিল্লগা যোগী ওইদুনা লৈনবা হোৎনৌ। ২৭।

অথূপ্পা বা

লোক অসিমক্তদা মহৈ ক গদবা করিগুম্বা ব্যাবহারিক থবক অমা তৌবা মতমদসু মীনা থবক অদুগী মহৈ ফংগনি খংলবদি থবক অদুবু থাদোকই অদুগা অযবা মহৈ ফংগনি খংলবদি য়াম্না চেক শম্না থবক অদুবু পাংথোক্লবা হো নৈ। মতৌ অদুম্না পরলোকতা (শিরবা মতু দা) ফংগদবা সকামকর্ম্মশিং অমসুং পাপ কর্ম্মশিংবু থাদোক্লগা অকবা মহৈ ওইনা পরমাত্মাবু ফংগদবা নিষ্কামকর্ম্ম তৌবগা লোয়নবা ইবুংঙো মাগী মশকপু ধ্যান তৌজদুনা লৈনবা হোৎনগদবনি। ব্যাবহারিক থবক তৌবদগী লেমাহৌবা অহাংবা মতমদা অকবা লাইরিক্লচিংবা য়ে হুবা (পাদুনা) আত্মচিন্তন তৌরগা মশাবু চিনবা লেতনা তশেংতশেংনা খংনবা হোৎনগদবদি অয়েন্দা বারী বাতায় শাদুনা মতম মাংহল্লোইদবনি। অসুম্না অভ্যাস তৌদুনা লৈবা মীগী পুন্সি মহৈ য়ানগনি হায়রিবসিদা করিমঙ চি নফম নৈতে। মরম অসিনা শ্রীভগবান্না উদ্ধবকী মকমদা অসুম্না হায়রি—

মর্ত্ত্যো যদা ত্যক্তসমস্তকর্ম্মা
নিবেদিতাত্মা বিচিকীর্ষিতো মে।
তদাঽমৃতত্বং প্রতিপদ্যমানো
ময়াত্মভূয়ায় চ কল্পতে বৈ ॥
(ভাগ ১১।২৯।৩৪)

"হে উদ্ধব! মীওইবনা সকামকর্ম্ম পুম্নমকপু থবক পুম্নমক তৌবা পায়রক্লবা মতম অদুদা মহাক্ল কৃষ্ণ ঐগা অমত্ত ওইদুনা এগী মশেংবা শকফম সগুণ ব্রহ্মগী উপাসক যোগীনা দেবযানগী থাগতুনা অধ্যায়সিবু লোইশিনবদা অসুম্না হায়রি

বেদেষু যজ্ঞেষু তপঃসু চৈব
দানেষু যৎ পুণ্যফলং প্রদিষ্টম্।
অত্যেতি তৎ সর্ব্বমিদং বিদিত্বা
যোগী পরং স্থানমুপৈতি চাদ্যম্ ॥ ২৮ ॥

ইতি শ্রীমদ্ভগবদ্গীতাসূপনিষৎসু ব্রহ্মবিদ্যায়াং যোগশাস্ত্রে শ্রীকৃষ্ণার্জ্জুন সংবাদে "অক্ষরব্রহ্ম" যোগো নামাষ্টমোঽধ্যায় ॥ ৮ ॥

ব্যাখ্যা — বেদেষু=ব্যাকরণ নচিংবা অঙ্গ তরুক্তা লোয়নবা বেদশিংবু তম্বদা, যজ্ঞেষু=মথল মথা অয়াম্বা অশ্বমেধ নচি বা যজ্ঞশিংবু মীংথিনা মপু ফাবা তৌবদা তপঃসু-হকচাংবু শাকশিন্নবগী মশক ওইবা চান্দ্রায়ণ নচিংবা তপ শিংবু তৌবদা চ-অমম্তুং দানেষু=শ্রদ্ধাগা লোয়নবা অচৌ-অচৌবা দানশিংবু পীবদা য এব পুণ্যফল=অয়েপ্পা ওইবা পুণ্য ওইবা মহৈবু প্রদিষ্টং-শাস্ত্রনা তাকই ত সর্ব্বং=তাক্লিবা মহৈ পূম্নমক অদুবু ইদং বিদিত্বা=মসিবু খঙলগা ফায়বদি অধ্যায়সিগী অহৌবদা অর্জ্জুননা হংখিবা বাহং তরে কী পাউখুমশিং সিবু খঙলগা, যোগী অত্যেতি-সগুণ ব্রহ্মগী উপাসক যোগীনা লাম্থোকই (ফায়রিবা মহৈশিং সিদগী যাম্না হেন গংপা মহৈ ফংই) চ-অদুগা আদ্যং=খ্বায়দগী মকোক ওইবা লৈবা পরং স্থানং-অথোইবা ময়মবু (পরব্রহ্মগী মশক ওইবা মোক্ষবু) উপৈতি=ফংই ॥ ২৮ ॥

অপুনবা অর্থ :— বেদ পূম্নমকপু তম্বদা, মথল মথা অয়াম্বা যজ্ঞশিংবু মপুং ফাবা তৌবদা, হকচাংবু লাকশিন্নবগী মশক ওইবা চরাহেনবনচিংবগী তপ শিংবু তৌবদা অমম্তুং শ্রদ্ধাগা লোয়নবা অচৌ অচৌবা দানশিংবু পীবদা অয়েপ্পা ওইবা পুণ্য ওইবা মহৈবু শাস্ত্রনা তাকই, অম্মুম্না তাক্লিবা মহে পূম্নমক্কুবু সগুণব্রহ্মগী উপাসক যোগীনা অর্জ্জুনগী বাহংশিংগী পাউখুমশিং সিবু খঙলগা লাম্থোকই অদুগা খ্বায়দগী মকোক ওইবা লৈবা অথোইবা মফম মোক্ষবু ফংই ॥ ২৮ ॥

## অথুপ্পা বা

অধ্যায় অসিগী মকোকমক্তা (অহৌবা ক্রদা) অর্জ্জুনা— "কিং তদ ব্রহ্ম কিমধ্যাত্মং" অসিনচি বা বাহং তরেৎথক হংখিবদুগী পাউখুমশিংবু পীবগা শ্রীভগবাননা অধ্যায় অসিবু লোইশিনবদা পীখ্রিবা পাউখুমশিংদুবু মীংথিনা খঙহনবা মদুগী মতুং ইন্না অনুষ্ঠান তৌদুনা লেবা সাধক যোগীশিংনা শিন্নবা মতুংদা করম্না খুদম ফংবগে হায়বদু তাক্লিবনি। শাস্ত্রকারশিংনা বেদ তম্বা, তপ তৌবা অমম্তুং মথল মথা অয়াম্বা দান পীবগী মতীক মগুণ যাম্না তাক্কুনা শিন্নবা পতুংদা স্বর্গনচিংবগী নুংঙাইবা ফংই হায়রি। অদুবু মফম অসিদদি— শ্রীভগবাননা অক্ষরব্রহ্মগী মশক ওইবা ইবুংঙো মহাকপু আধ্যাত্মিক ওইনা শংশঙনা খঙলবা সাধক যোগীনা ফংগদবা মহৈদি স্বর্গনচিংবদগীসু হেন্না সাম্নাং পরব্রহ্মগী মশক ওইবা ঙমই হায়বসিবু তাক্লি। সংসারদা মী

ওইবা পোকপগী মহৈ য়ানবসি মশামকপু শ শঙবা মওঙদা খঙবনি মশামকপু অশেংবা মওঙদা খঙবসিদগী হেনগংনা কংবা য়াবা পোং অমত্ত তাইবঙনিদা লৈতে। ময়ম অসিদগী উদ্ধবকী মকমদস্থু শ্রীভগবান্না অস্থুন্না হায়রি—

এষা বুদ্ধিমতাং বুদ্ধির্মনীষা চ মনীষিণাম্।
যৎসত্যমনৃতেনেহ মর্ত্ত্যেনাপ্নোতি মাঽমৃতম্॥ (ভাগ ১১।২৯।২২)

"তাইবংসিদা মিথ্যা অমস্থুং মাংগদবা মীওইবগী হকচাংসিনা ময়ম ওইহনা অমাঙ অতা লৈতবা অমস্থু পোকপা-শিবা নাইদবা সাক্ষা পরব্রহ্মগী মশক ওইবা কৃষ্ণ ঐবু ফংবা ভগসি লৌশিং শিংবা মী-শিংগী লৌশিং নি অমস্থুং পক্কীং লৈতানা য়াখল তৌবা মী শিংগী য়াখলনি।

মসিগী মরমদি জীবসি মশাগী অশেংবা মশক খঙদুনা আত্মজ্ঞান ফংলবগী মতুংদা অরা অনা ফংহনা লৈবা সাংসারিক জীবগী মশক ওইনা লৈতে, মহাক ব্রহ্মগী মশক ওইনা লৈ। মসিবুস্থু শ্রীভগবান্না অস্থুন্না হায়রি—

জীবো জীববিনির্মুক্তো গুণৈশ্চাশয়সংভবৈ।
ময়ৈব ব্রহ্মণা পূর্ণো ন বহির্নান্তরশ্চরেৎ॥ (ভাগ ১১।২৫।৩৮)

"হে উদ্ধব! জীবনা মাগী উপাধি ওইবা সূক্ষ্ম শরীরবু (অকুপ্পা হকচাংবু) থাদোক্লবদা অন্ত করণদগী পোকপা অরা অনানচিংবা পুম্নমক লৈতবা পরমব্রহ্ম কৃষ্ণ ঐ ওইরমক মফম পুম্নমক্তা থম্না লৈ, মহাক অমুক হন্না তাইবঙগী মনু-পানগী বিষয়শিংদা চ লোই।"

ময়ম অসিদগী যোগিযাজ্ঞবল্ক্যনস্থু অস্থুন্না হায়রি—

অয়ং তু পরমো ধর্ম্মো যদ যোগেনাত্মদর্শনম্।
আত্মজ্ঞানং হি যো বেত্তি স সর্ব্বজ্ঞঃ স সর্ব্বকৃৎ॥
(বৃহদ যোগিযাজ্ঞবল্ক্যস্মৃতি ১১।৩৪)

"যোগনা ময়ম ওইহনা আত্মাবু শংশঙবা য়েংবসি (খংবসি) থৌয়দগী অথোইবা ধর্ম্মনি। ময়মদি আত্মজ্ঞানসিবু লৈরবা মী পুমখঙ খঙবা অমস্থুং পুমংতো তৌবা ওই"।২৮।

মতৌ অস্থুন্না শ্রীভগবান্না শকপা উপনিষৎশিংদা, ব্রহ্মবিদ্যাগী মশক ওইবা যোগশাস্ত্রগী মনুংদা, অর্জ্জুন অমস্থুং শ্রীকৃষ্ণগী রাহং পাউখুম ওইবা শংনবদা "অক্ষর-ব্রহ্মযোগ"
কৌবা নীপাশুবা অধ্যায়গী স্বামী যোগেন্দ্রনন্দ গিরিনা
ইংগা অথুপ্পা য়াগা লোয়নবা অরয়
ব্যাখ্যা লোইরে॥ ৮॥
॥ ওঁ তৎসৎ॥
—ওঁ—



# শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতা

( অথ নবমোঽধ্যায়ঃ )

মাপনশুবা অধ্যায়

"ভগবতে গীতামৃতদুহে নমঃ"

মাপনশুবা অধ্যায়সিগী মমিং রাজবিদ্যারাজগুহ্য যোগনি। অধ্যায় অসিদা পরব্রহ্মগী অশেংবা মশক তাক্কনি অমসুং মতৃগা লোয়নবা পরমাত্মাগা লৈশেম্বগী মতৌ অহুগা ইবুংঙো মাবু ফংনবগী খল মথা অয়াম্বা উপায় উপাসনা-নচি নবুসু হায়গনি। মতৃদা নীপানশুবা অধ্যায়দা "অক্ষরং ব্রহ্ম পরমং" (৮/৩) অসিমচিংবনা য়াম্না শম্না ব্রহ্মগী অশেংবা মশক হায়খিবহৃবু গুপায়না তাক্নুনা সদ্যমুক্তি হায়বদি হিংনা হিংনা মুক্তি ওইনা লৈবগী সাধন জ্ঞান ফংহনগে হায়বগীদমক শ্রীভগবাননা অসুম্না হায়রা হৌই—

শ্রীভগবানুবাচ

ইদং তু তে গুহ্যতমং প্রবক্ষ্যাম্যনসূয়বে।
জ্ঞানং বিজ্ঞানসহিতং যজ্জ্ঞাত্বা মোক্ষসেঽশুভাৎ ॥ ১ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— শ্রীভগবান উবাচ—শ্রীভগবাননা হায়বিখি— গুহ্যতমং—খায়দগী হেন্না থুপ্পবা বিজ্ঞানসহিতং=শংশংবা খঙবগা লোয়নবা ইদং তু জ্ঞানং—অক্ষর ব্রহ্মগী জ্ঞানসিমক্তবু, অনসূয়বে =অতোপ্পশিংগী মফমদা ফত্তবা বাখল তৌহনা অয়ানবগী মীংয়েংনা য়েংদ্রবা তে—অর্জ্জুন নঙগীদমক, প্রবক্ষ্যামি=কৃষ্ণ ঐনা হায়গে, যৎ জ্ঞাত্বা—অসিগুম্বা জ্ঞানসিবু ফংলগা, অশুভাৎ—অরাবগী মশক ওইহনবা লৈবা সংসার অসিদগী, মোক্ষসে=নহাক লাম্থোকপা ঙমগনি ॥ ১ ॥

অপূনবা অর্থ ঃ— শ্রীভগবাননা হায়বিখি— খায়দগী হেন্না থুপ্পবা অমসুং শংশংবা খঙবগা লোয়নবা ব্রহ্মগী জ্ঞান অসিমক্তবু, অতোপ্পগী মফমদা ফত্তবা বাখল তৌহনা অয়ানবা মীংয়েং য়েংদ্রবা অর্জ্জুন নঙগীদমক কৃষ্ণ ঐনা হায়গে, অসিগুম্বা জ্ঞানসিবু ফংলগা নহাক অরাবগী মশক ওইবা সংসার অসিদগী লাম্থোকপা ঙমগনি ॥ ১ ॥

অথূপ্পা বা

মথক্তা নীপানগুবা অধ্যায়দা হায়খিবা অচিনচিংবা লম্বীদা চংলগা ফংগদব মুক্তি অহুদি য়ায়া কোমা মহাপ্রলয়গী মতমদা ফংগদব ক্রমমুক্তিনি। অহুগা মহুগী সাধনদি ধ্যেয় ওইবা হায়বদি ধ্যানগী বিষয় ওইবা সগুণ ব্রহ্মগী উপাসনা তৌহনা ধ্যান তৌবনি। হৌজিক মাপনগুবা অধ্যায়সিদা তাকদৌরিবা মুক্তি অসিদি হৌজিকমক হিংনা হিংনা ফংগদবা সদ্য মুক্তিনি অহুগা মসিগী সাধনদি জ্ঞেয় হায়বদি জ্ঞানগী বিষয় ওইনা খঙগদবা নিগুণ ব্রহ্মবু শংশঙনা খঙবগী মশক ওইবা আত্মজ্ঞাননি। মরম অসিনা ক্রমমুক্তিগী সাধন-সগুণ ব্রহ্মগী উপাসনা ওইবা জ্ঞান অহুদগী সদ্য মুক্তিগী সাধন জ্ঞান অসিবু খেন্নবা তাক্ত হায়বগীদমক মফম অসিদা "ইদং তু" অস্মুয়া "তু" শব্দ শীংনবা জ্ঞানগী বিশেষণ হায়বনি। অহুগা বিষয় উদনা মহবু খঙবা জ্ঞানদগী হায়বাদ পরোক্ষ জ্ঞানদগী সদ্য মুক্তি ফংবা য়াদে সগুণ ব্রহ্মবু শংশঙনা মশামাক্ত খঙবা জ্ঞানদগী হায়বদি অপরোক্ষ জ্ঞানদগী সদ্য মুক্তি ফংবা ময়াইহায়বস তাকুবগীদমক "বিজ্ঞান সহিতং" অস্মুয়া জ্ঞানগী বিশেষণবুস্মু পীরিবনি। মরম অসিনা 'অহং ব্রহ্মাস্মি' (বৃ উ ১।৪।১০) "ঐ ব্রহ্ম নি" অস্মু শংশঙনা মী অহু সদ্য হায়বদি হিংনহিংনমক মুক্তি ফংনা লৈ অহুগা শিবমক্তদা সংসারী জীব ওইনা লৈমবা উপাধি অন্ত করণ মাঙখিহনা মহাক মশাগী অংশ ব মশক ব্রহ্ম ওইনা লৈ। মসিবুস্মু অস্মুয়া হায়রি—"ব্রহ্মৈব সন্ ব্রহ্মাপ্যেতি" (বৃ উ ৪।৪।৬)—"হিংলিঙৈগী মতমদা ব্রহ্মমক ওইহনা লৈয়গা শিবমক্তদা ব্রহ্মদা তিন্নী।"

অসিগুহা জ্ঞান অসিবু ফংবদা মতীক চাবা কনানো হায়বসি খঙহন্নবগীদমক অর্জুনগী বিশেষ ওইনা "অনসূয়বে" হায়বা বাহৈ অসি পীরিবান। মশাগী দোষ (ফত্তবা) অহুবুদি কয়িমত য়েংদনা অতোপ্পগী গুণবু দোষ ওইনা য়েংলগা অয়ানবা হায়ববু "অসূয়া" কৌই অহুগা মতো অহুয়া য়েংদনা অয়ানবা হায়দবু "অনসূয়া কোই। মতৌ অস্মুয়া অদূয়া লৈত্তবা অমস্মু মশাগী দোষ য়েংহনা মহু শেংদোক্তবা হোংবনা মীগী অন্ত করণ (পুক্কীং) শেংবা মরমদগী মহাক জ্ঞান ফংবদা মতীক চায় অহুগা "অসূষা" লৈবা মীগী পুক্কী শেংদবা মরম্মা মহাক জ্ঞান ফংবদা মতীক চাদে হায়বা অসিবু শ্রীভগবাননা তাকপনি। মরম অসিনা জ্ঞান ফংনীংবা অমস্মুং মশাগী য়াইফবা পাম্বা মীনা অসিগুম্বা অদূয়া নচিংবা দোষশিংবু পুক্কীংদগী লৌথোক্তবা হোংবহনা লৈগদবনি মহুতদা জ্ঞান ফংবদা মতীক চাগনি ॥ ১ ॥

অসিগুম্বা জ্ঞান অসিবু থাগতংনা মহুদা য়ায়া অপাম্বা পোকহন্নগা পুক্কীং চঙনা মহু ফংনবা হোংনহনগে হায়বগীদমক অমুক অস্মুয়া থাগংলি—

রাজবিদ্যা রাজগুহ্যং পবিত্রমিদমুত্তমম্।
প্রত্যক্ষাবগমং ধর্ম্যং সুসুখং কর্তুমব্যয়ম্ ॥ ২ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—** ইদং=ব্ৰহ্মবিদ্যাগী মশক ওইবা হায়ৰিবা জ্ঞান অসি, ৰাজবিদ্যা=মখল মখা অয়াম্বা বিদ্যা পুম্নমক্কী লিংথোউনি হায়বদি বিদ্যা পুম্নমক্কগী খ্বায়দগী অথোইবা বিদ্যানি, ৰাজগুহ্যং =অথুপ্পা পুম্নমক্কীদু লিংথোউনি হায়বদি অথুপ্প অথুপ্পা হায়দুনা লৈৰিবা পুম্নমক্কী মনুংদা খ্বায়দগী অথোইবা অথুপ্পনি, উত্তমং=খ্বায়দগী ফবা পবিত্রং=শেংহনবা ঙম্বনি, প্রত্যক্ষাবগমং=শংশঙনা খঙনবা প্রমাণনা মসিগী মহৈ খঙবা ঙম্বনি ধর্ম্ম্যং=ধর্ম্ম কায়দবনি হায়বদি ধর্ম্মগী মশক ওইবনি কর্ত্তুং সুসুখং=তৌবদসু (ফংবদসু) য়াম্না লায়না থোকপনি অব্যয়ম=অদুগা মায়ং তাবসু লৈতবনি হায়বদি মাংবা লৈতবনি ॥ ২ ॥

**অপুনবা অর্থ ঃ—** ব্ৰহ্মবিদ্যাগী মশক ওইবা হায়ৰিবা জ্ঞান অসি বিদ্যা পুম্নমক্কী লিংথোউনি, অথুপ্পা পুম্নমক্কগী থোইনা থুপ্পনি, খ্বায়দগী ফেন্না ফবা শেংহনবা ঙম্বনি শংশঙনা খঙনবা প্রমাণনা মসিগী মহৈ খঙবা ঙম্বনি ধর্ম্মগী মশক ওইবনি তৌবদসু হায়বদি পাংথোক্লবা ফংনবদু য়াম্না লায়না থোকপনি অমসু মাংবসু লৈতবনি ॥ ২ ॥

## অথুপ্পা ৱা

আত্মজ্ঞানগী মশক ওইবা ব্ৰহ্মবিদ্যা অসিবু পৰা বিদ্যা হায়ৰসু কৌই অদুগা মসি মত্তবা সংসারগী বিদ্যা পুম্নমক অসদি অপৰা বিদ্যা পুম্নমক অসিদি অপৰা বিদ্যানি মদুদগী সংসারদগী অৰান খুবমগী মশক ওইবা ব্ৰহ্ম ফংবা য়াদে। পৰা বিদ্যা কদায়বু কৌই হায়ৰা অসিবুদি মুণ্ডকোপনিষৎতা অসুম্না তাক্লি— পৰা যয়া তদক্ষৰমধিগম্যতে" (১।১।৫)— "বিদ্যা অদুনা মৰম ওইদুনা অক্ষৰ হায়বদি মাংতাকপা লৈতবা ব্ৰহ্ম খঙবা অমসুং ফংবা য়াৰবদি মদু পৰা বিদ্যানি। মৰম অসিনা অসিগুম্বা ব্ৰহ্ম বিদ্যাসিবু শ্রীভগবাননা "ৰাজবিদ্যা" হায়ৰি। মসিবু থাগত্তুনা মতুংদসু অসুম্না হায়ৰি— "অধ্যাত্মবিদ্যা বিদ্যানাং" (১০।৩২)— "বিদ্যাশিংগী মনুংদা কৃষ্ণ ঐ অধ্যাত্মবিদ্যানি (ব্ৰহ্মবিদ্যানি)।" মসিবু মনুনসু অসুম্না হায়ৰি—

সর্ব্বেষাং চৈতেষামাত্মজ্ঞানং পৰং স্মৃতম্।
তদ্ধ্যগ্র্যং সর্ব্ববিদ্যানাং প্রাপ্যতে হ্যমৃতং যতঃ ॥

(মনু স্মৃ ১২।৮৫)

"বেদ তত্ত্ব মচিংবা থবক পুম্নমক্কগী খ্বায়দগী অথোইবদি আত্মজ্ঞান ফংবনি, মসি (আত্মজ্ঞান অসি) বিদ্যা পুম্নমক্কী মকোক্নি। মৰমদি মসিদগী মীনা অমৃত (ব্ৰহ্মগী মশক ওইবা মোক্ষ) ফংই।"

অদুগা শুক্রৰহস্যোপনিষত্তদি মসিবু তশেং তশেংনা অসুম্না হায়ৰি—

অন্যবিদ্যাপৰিজ্ঞানমবশ্যং নশ্বৰং ভবেৎ।
ব্ৰহ্মবিদ্যাপৰিজ্ঞানং ব্ৰহ্মপ্রাপ্তিকৰং স্থিতম্ ॥

(শু ৰ উ ২।১৪)

"অতোপ্পা বিদ্যাশিংগী জ্ঞান কংবসিদি শোয়দনা মাঙগদবনি, অদুগা ব্রহ্মবিদ্যাগী জ্ঞান কংবসিদি ব্রহ্মবু কংহনবনি হায়বসি লেঙদবনি।"

অদুগা মপোক কয়ামুক্তা ভোথিবা পুণ্য কর্ম্মশিংনা মরম ওইদুনা অন্তঃকরণ শেংলবা মীদনা কংবা য়াবা অদুগা অন্তঃকরণ শেংদবা অচম্বা মীশিংনা শুকফং কংবা য়াদবা ওইদুনা য়াম্না থুপ্না লৈবদগী মসিবু "রাজগুহ্য" হায়বনি। অদুগা মসিবু খ্বায়দগী অকবা শেংহনবা ওন্থনি হায়বগী মরমদস্থ অসিনি— শাস্ত্রনা তাকপা প্রায়শ্চিত্ত নচিংবা কর্ম্ম পুম্নমকসিদি পাপ মচেং অমত্ত দবু কোকহল্লী মীহুবুদি পুমনেং শেংহনবা ঙমদে মদুদগী মী অদুনা সংসারদা অরা অনা কংদুনা লৈবসিবু থাদোকপা ঙমদে। অদুবু হায়রিবা ব্রহ্মবিদ্যা অসিদি পাপ-পুণ্য পুম্নমকপু পুমকোক কোকহন্দুনা ব্রহ্মদা তিনহনবা ঙমই। পাপ পুণ্যশিংগী মতুং ইন্না সাসার চক্রসিদা অমুক কোরদুনা লৈহনদে। মরম অসিনা অহানবদস্থ শ্রীভগবান্না অস্মুন্না হায়খি— "নহি জ্ঞানেন সদৃশং পবিত্র মিহ বিদ্যতে" (গী ৪।৩৮); "জ্ঞানগা মান্নবা শেংহনবা ওম্বা অতোপ্পা পোৎ অমা সংসারসিদা লৈতে।" অদুগা শাস্ত্রনা তাকপা কর্ম্মশিংগী মহেৎশিংদি শিরবা মতু দা পরলোক্তা ফংগদবা ঙাক্তনি অদুগা ব্রহ্মবিদ্য অসিগী মহেৎদি হৌজিকমক শংশঙবা ফংগদবনি হায়বসিদুস্থ "প্রত্যক্ষাবগমং হায়বা য়াহৈ অসিনা তাকই। ফীবম অসিদা জ্ঞানীনা মশামকপু অমস্থ পুম্নমকপু ব্রহ্মনি হায়বসি খঙই— (সর্ব্বমিদমহং চ ব্রহ্ম)। মরম অসিনা মীনা মাবু চ নরিবা ধর্ম্ম করিমত্ত কায়দনা য়াম্না নীংথিনা হোৎনদুনা কংবা য়াই। অদুগা হোৎনবদুবুস্থ য়াম্না লায়না তৃমিন্না কমদুনা আত্মাগী মরমদা রাখল ভৌদুনা লৈবতনি। মদু ভৌবদা দুমা তান্না নোম্বা অমস্থং শেল থুম য়াম্না চঙবা মসি পুম্নমকসি, কর্ম্ম অমা ভৌবদা চঙবগুম্না লৈতে। অদুগা কর্ম্মগী মহেৎগী মতৌগুম্না মসিগী মহৈ মাঙবস্থ লৈতে হায়বা তাক্তুনা শ্রীভগবান্না মসিবু ভৌজনবগীদমক হায়রিবসিনি। মরম অসিনা য়াইফবা পান্না মী শিংনা জ্ঞান অসিবু ফংনবা হোৎনগদবনি॥ ২॥

মদুমক ওইদুবস্থ মীনা জ্ঞানসিবু কংনবা হোংনবদগী মরম তাক্তুনা অস্মুন্না হায়রি—

**অশ্রদ্দধানাঃ পুরুষা ধর্ম্মস্যাস্য পরন্তপ।**
**অপ্রাপ্য মাং নিবর্ত্তন্তে মৃত্যুসংসারবর্ত্মনি॥ ৩॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা:**— পরন্তপ = য়েক্লবশিংবু অরাবা পীহৈবা হে অর্জ্জুন! অস্য ধর্ম্মস্য = আত্মজ্ঞানগী মশক ওইবা ধর্ম্ম অসিবু অশ্রদ্দধানাঃ = থাজদদুনা অতোপ্পা লমচৎ চৎপা, পুরুষা = মীশিংনা, মা = পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐবু, অপ্রাপ্য = ফংবা ঙমদনা মৃত্যুসংসারবর্ত্মনি = শোয়দনা শিবা বাইবা সংসারগী লম্বী অসিদা, নিবর্ত্তন্তে = হল্লক্তুনা লাকই হায়বদি পোক্ন শিন্না ভৌদুনা লৈ।

**অপুনবা অর্থ:**— য়েক্লবশিংবু অরাবা পীহৈবা হে অর্জ্জুন! আত্মজ্ঞানগী মশক ওইবা ধর্ম্ম অসিবু থাজদদুনা অতোপ্পা লমচৎ চৎপা মী শিংনা পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐবু ফংবা ঙমদনা শোয়দনা পোক্ন শিন্না ভৌবা সংসারগী লম্বীদা হল্লক্তুনা লাকই॥ ৩॥

অথুপ্পা বা

ধর্ম্ম কর্ম্ম য়াম্না তৌদুনা লৈবা মী ওইরবস্থু আত্মাগী মরমদা সংস্কার মীংথিনা লৈতবদগী অমস্থুং জ্ঞানী ওইবা অথঙবা মীনা হন্না হন্না তাক্লবস্থু থাজবা য়াংপদগী মশামকপু সাক্ষাৎ পরব্রহ্মনি হায়বসি য়ানীংদনা লৈ অহুগা আত্মাসিবু ব্রহ্মমক্তি হায়বা উপনিষৎ নচিংবগী য়া ককথত্তুনা মহাক্লা তৌরিবা অমস্থুং চংলিবা উপায় লমচৎ অহুতদা থাজহুনা লৈ। অসিগুম্বা মীনা কাদৌউৈদস্থু পরমাত্মবু খঙবা অমস্থুং ফংবা ঙমদে। মরম অসিদগী মখোয়শিং অগুদি পে ক্র শিরা তৌহুনা লৈবা সংসার অসিদা হন্না হন্না লাক্লুনা মখল মখা অয়াম্বা অচৌ অপীক নাইবা হকচাংশিংবু ক হুনা লৈ। মরম অসিনা অসিগুম্বা অজ্ঞানীশিংগী মরমদা শ্রুতিনা অস্তুম্না হায়রি— মৃত্যো স মৃত্যুমাপ্নোতি য ইহনানেব পশ্যতি" ( বৃ উ ৪।৪। ৯ )— "আত্মাগী মশক ওইবা ব্রহ্ম অসিদা মখল মখা অয়াম্বগী মত্তৌগুম্না অতোপ্পশিংবু উহুনা অমস্থুং খঙহুনা লৈ। অহুগুম্বা মী অহুগী অশিবগী মতুংদা অশিবা অমবু ফংহুনা লৈ। অহুগা মশাবু শঙদনা লৈবা মীশি আত্মঘাতীনি হায়বসিবুস্থ তাক্লুনা মখোয়না ফংগদবা লোকপু অস্তুম্না তাক্লি—

অসূর্য্যা নাম তে লোকা অন্ধেন তমসাবৃতা।
তাংস্তে প্রেত্যাভিগচ্ছন্তি যে কে চাত্মহনো জনা ॥
(শু যজু ৪০।৩)

"আত্মাবু হাত্তুনা লৈবা মশাবু কনাবো খঙদবদগী (আত্মঘাতী ওইহুনা লৈবা) মী কনা অমস্থু ওইসস্থু, মখোয় পুম্নমক শিন্নবা মতুংদা অজ্ঞানগী মশক ওইবা অমম্বনা কুপ্পুনা লৈবা অসূর্য্যা কৌবা লোকশিংদা চত্তবা লৈ।"

মরম অসিদগী মশাগী য়াইফবা পাম্বা মীশিংনা থাজবগা লোয়ননা মশাগী অংশংবা মশকপু খঙননবা কন্না হোৎনহুনা ব্রহ্মদগী অতোপ্পা আত্মা নত্তেহায়বসি লেপকদবনি মসিদা কন্নিমক্ত চিংনবা তৌরোইদবনি। বেঙ্কবশিংগী থাযদগী অখোইবা প্রমাণ ওইনা নৈহিবা অমস্থুং সাক্ষাৎ শ্রীকৃষ্ণগী অবতারনি হায়না য়ান্নিবা শ্রীমদ্ভাগবত মহাপুরাণগী অয়োইবদা শ্রীশুকদেবনা পরীক্ষিৎপু মস্তুম্না উপদেশ পীরি—

ঘটে ভিন্নে যথাঽঽকাশ আকাশং স্যাৎ যথা পুরা।
এবং দেহে মৃতে জীবো ব্রহ্ম সম্পদ্যতে পুন ॥
অহং ব্রহ্ম পরং ধাম ব্রহ্মাহং পরমং পদম্।
এবং সমীক্ষন্নাত্মানমাত্মন্যাধায নিষ্কলে ॥
ন দ্রক্ষসি শরীরং চ বিশ্বঞ্চ পৃথগাত্মনঃ ॥
(ভগবত ১১।৫

"উপাধি ওইবা চক্ষু কায়প্রবদা মহুগী মনুংদা ভোপ্পা খঙলম্বা আকাশ অহু হামগী মতৌগুম্না পাক চাউরবা আকাশতা তিন্দুনা অমত্ত ওইবগী মতৌগুম্না কারণ শরীর অবিদ্যাগা লোয়নবা অকুপ্পা অমম্ন্ অপৌবা হকচাং শিরবদা (মাঙপ্রবদা) জীব অসি অমুক হন্না ব্রহ্মদা তিল্লী। (মরম অসিনা হে পরীক্ষিৎ!) ঐহাক অথোইবা খুবম ওইবা ব্রহ্মনি অমম্নং অথোইম্নাংক নকম ওইবা ব্রহ্মহু ঐনি— অম্নম্না য়েংহুনা হায়বদি মীংহুনা মচেৎ মকায় লৈতবা অশেংবা ব্রহ্মগী মশক ওইবা আত্মাবু (নশাবু) হাপচিল্লু। মহুম্না তৌরবদি মহাক্না হকচাং অমম্ন্ তাইবঙ পুম্নমকসিবু অ আদগী (নশাদগী) অতোপ্পনি হায়না উন্নোই খঙলোই।৩।

মতৌ অম্নম্না জ্ঞানবু থাগওনা মহু কংনবা হোৎনবদা পুক্নীং চঙশিনবা ামহুংদা জ্ঞান অহুবু অম্নম্না ত কপা ে —

মযা ততমিদং সর্ব্বং জগদব্যক্ত মূর্ত্তিনা।
মৎস্থানি সর্ব্বভূতানি ন চাহং তেষ্ববস্থিত ॥ ৪ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা**°— অব্যক্তমূর্ত্তিনা—ফোঙদোকপা মওঙদা স অমম্ন্ চিং ওইনা লৈবা ময়া=সাক্ষা পরমেশ্বর কৃষ্ণ এনা ইদ সর্ব জগ —লেঙলি পাল্লিবা সংসার পুম্নসি ততং= শীন থু লিবনি মরম অসিনা— সর্ব্বভূতানি=অচং চত্ত সংসারপুম্নসি, মৎস্থানি=চঙক্রকম (অধিষ্ঠান) ওইবা কৃষ্ণ ঐঙোন্দা চঙজহুনা লৈবা ডাক্তনি, চ=অহুগ অহ —কৃষ্ণ ঐদি তেষু= অচং চত্তশিং অসিদা, ন অবস্থিত =লৈতে ॥ ৪ ।

**অপুনবা অর্থ**.— ফোঙদোকপা মওঙদা সং চিং ওইনা লৈবা পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐনা লেঙলি পাল্লিবা তাইবঙপুম্নসিনা শীন-থুংলিবনি মরম অসিনা অচং চত্ত তাইবঙপুম্নসিগী চঙক্রকম ওইবা কৃষ্ণ ঐঙোন্দা চঙজহুনা লৈবা ডাক্তনি, অদুগা কৃষ্ণ ঐদি মখোয়শিংসিদা লৈতে ।৪॥

## অথুম্না বা

কৃষ্ণ নঙদি অর্জুন ঐগা লেংমান-নবা মী ওইনা লৈবা য়াম্না পীকপা মওঙনি, মরম অসিনা অম্নক য়াম্না চাউবা তাইবঙপুম্নসি করম তৌনা মহাক্না শীন থুংনা লৈগনি হায়না অর্জুনগী চি নবু কোকহনগে হায়বগীদমক শ্রীকৃষ্ণনা মশাগী অশেংবা মওঙ তাকুনা— "অব্যক্ত মূর্ত্তিনা" হায়বদি ফোঙদোকপা মওঙদা লৈবা হায়বা বিশেষণ অসি পীরিবনি। অর্জুনা উরিবা অমম্ন্ মাগী দোলাই থো হুনা লৈরিবা কৃষ্ণ অহুদি মায়ানা মরম ওইহুনা মীওইবগী হকচাং লৌ বগুম তৌহুনা পীক্না লৈরিবনি, মাগী অশেংবা মওঙদি সং চিং ওইনা সংসারপুম্নসিগী মনুং মপান্দা শীন থুংনা লৈহুনা চঙক্রকম ওইরিবনি। শ্রুতিনা অম্নম্না হায়রি— "আকাশবৎ সর্ব্বগতশ্চ নিত্য" (ছা উ ৩।১৪।৩)— "পরমাত্মদি আকাশগী মতৌগুম্না পুম্নমক্তা শীন থুংনা লৈ অমম্ন্ মাঙবা লৈতে।" মরম অসিদগী ইবুংঙো মগী সং ওইবা মশক অহুগী সত্তানা হায়বদি অরৈবনা

মতোন্দা চঙজহুনা লৈবা জগৎপুম্বসি সৎনি হায়বদি লৈ হায়বা খঙনরিবনি, অদুগা ইবুংঙো মাগী চিৎ ( জ্ঞান ) ওইবা মশক অদুনা চাস্থোক্তুনা জগৎ অসি উরিবনি। মরম অসিদগী ইবুংঙো মাগী সত্তা ( অৱৈবা ) অদু নত্তনা জগৎ অসিগী মনী, তম্বা অতোপ্পা সত্তা ( অৱৈবা ) অমা লৈতে, সুপ্পা ইবুংঙো মতোন্দা আরোপ তৌদুনা ( খাংগত্তুনা ) জগৎ অসি উবদনি অশেংবা মশক্তুদি জগৎ অসি মতম অহুম্মক্তা লৈতে, মিথ্যানি। মরম অসিদগী আত্মপ্রবোধ উপনিষ তা অসুম্না হায়রি—

সার্পাদৌ বজ্জুসত্তেব ব্রহ্মসত্তৈব কেবলম।
প্রপঞ্চাধাবরূপেণ বর্ত্ততেঽতো জগন্ন হি॥ ( অ ১২ )

"থোরী মকক্তা উবা লিল, থোরী মকক্কী সত্তা অদু নত্তনা অতোপ্পা সত্তা লৈতবগী মতৌগুম্না জগৎ অসিদসু সুপ্পা ব্রহ্মগী সত্তানি তোপ্পা তাইবঙগী সত্তা লৈতে। সৎব্রহ্ম ( থোরী মকক্তু লিলগী চঙজকম ওইবগী মতৌগুম্না ) জগৎ অসিগী চঙজকম ওইনা লৈ মরম অসিদগী ব্রহ্ম নত্তনা জগৎ মতম অহুম্মক্তা লৈতে।"

কৰিগুম্বা পোৎ অমা উরবসু খঙলবসু অদুগা ব্যবহারদা শীঙ্গিন্নরবসু বিচার তৌদুনা য়েংবদা পোৎ অদুগী মতম অহুম্মক্তা অৱৈবা হায়রবদি সত্তা লৈত্রবদি মদুবু মিথ্যানি হায়না খঙনগদবনি। খুদম ওইনা হায়রবদি— থোরী মকক্তা উরিবা অমসুং খঙলিবা লিলবু বিচার তৌদুনা থোরী মকক্তুগী অতোপ্পা অমা নত্তে খঙলবদি মদু মতম অহুম্মক্তা লৈতবা পোৎ অমা ওইবা মরমদগী মিথ্যানি। অদুগা লিল অদুগী চঙজকম ওইনা লৈরবা মকম থোরী মকক্তি মদুদা মহাক থোরী মকক্কী অজ্ঞানদগী ( খঙদবদগী ) আরোপ তৌদুনা লৈবনি। মতৌ অসুম্না পরব্রহ্মগী মশক ওইবা অমসুং ফোঙদোক্তুনা লৈবা শ্রীকৃষ্ণদা চঙজহুনা লৈরিবা জগ অসিসু বিচার তৌদুনা য়েংবদা শ্রীকৃষ্ণদগী অতোপ্পা অমা ওইনা মতম অহুম্মক্তা লৈতবা মরম্না মিথ্যানি। ঐখোয়না তাইবঙ পুম্নমক্কী চঙজকম ওইনা লৈরিবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী অশেংবা মশক খঙদবগী মরম ওইনা অজ্ঞানদগী জগৎ অসিবু মতোন্দা উরিবনি, খঙশিবনি অদুগা ব্যবহার পুম্নমক তৌরিবনি। শ্রীকৃষ্ণগী অশেংবা মশক খঙবমক্তদা জগৎ অসি মতম অহুম্মক্তা লৈরগাই য়েংউ উরুবা পোৎ পুম্নমক্তা শ্রীকৃষ্ণগী অৱৈবা ( সত্তা ) অদুদবু উগনি। শ্রীমদ্ভাগবতকী মনুংদসু ব্রহ্মাগী মফদা শ্রীভগবান্না অসুম্না হায়রি—

অহমেবাসমেবাগ্রে নান্যৎ যৎ সদসৎ পরম্।
পশ্চাদহং যদেতচ্চ যোঽবশিষ্যেত সোঽস্ম্যহম ॥ ৩২ ॥
ঋতেঽর্থং যৎ প্রতীয়েত ন প্রতীয়েত চাত্মনি।
তদ্বিদ্যাদাত্মনো মায়াং যথাঽঽভাসো যথাতম ॥ ৩৩ ॥
( ভা ২।৯।৩২-৩৩ )

"লৈশেমগ্রিবৈগী মমাঙদা সূপ্না ঐ ইত্তোমদমক ( ভগবানত্তমক ) লৈরমই ঐ ( ভগবান ) মত্তৌনা ফোঙদোক্নুনা লৈবা নত্রগা ফোঙদোক্তুনা লৈবা কন্নিগুম্বা পোৎ অমত্ত লৈম্নমদে, মতুংদস্তু ঐমক্ত ( ভগবানমক্ত ) লৈগনি হৌজিক পুম্নমকসিস্থ ঐমক্তনি হায়বদি ভগবানমক্তনি অদুগা মহাপ্রলয়গী মতুংদা লেমহৌগদবা অদুস্থু ঐমক্তনি ভগবান ঐগোন্দগী অতোপ্পা অমত্ত লৈতে। ৩২ ॥ পুম্নমক্তী আত্মা ওইবা ভগবান ঐভোন্দগী অতোপ্পা পোৎ অমত্ত লৈত্রবস্থু তোপ্পা উন্নিবসিবু আকাশদা ( অহাঙবদা ) থা অনী থোক্লা উবগী মতৌগুম্না মিথ্যানি হায়না খঙউ অদুগা মতম পুম্নমক্তা অমস্থু, মকম পুম্নমক্তা লৈবা ভগবান ঐবু মীনা খঙদ্রিবসিস্থ আকাশতা থরাম্মিচাকশিংগী মরক্তা মতম পুম্নমক্তা লেবা ন্নাস্তবু মীনা উদবগী মতৌগুম্না মায়ানি হায়না খঙউ ॥ ৩৩ ॥"

মরম অসিনা যোগশিখাপনিষত্তস্থ অস্থুম্না হায়রি—"জগন্নাম্না চিদাভাতি সর্ব্বং ব্রহ্মৈব কেবলম ( ৪ । ১৮ )— জগৎকী ( তাইবঙগী ) মিং লৌ তুনা চিংকী ( জ্ঞানগী ) মশক ওইবা ব্রহ্মমক উন্নিবনি। মরম অসিনা পুম্নমকসি সূপ্না ব্রহ্মমক্নি।"

মতৌ অস্থুম্না তাইবঙ পুম্নমকসি শ্রীভগবান্দা থৌরী মকক্তা লিল উবগুম্না উন্নিবনি। অদুগা চঙজকম ওইনা লৈবা থৌরী মকক চঙক্তন্নিবা লিল অদুদা লৈতবগুম্না জগৎ পুম্বগী চঙজকম ওইবা শ্রীভগবান— চঙজতুনা লৈন্নিবা জগৎ ( তাইবঙ ) অসিদা কদৌঠৈদস্থু লৈতে। শীন থুংনা লৈবা পোৎ অতোপ্পগী চঙজকম ওই অদুগা মহাক অতোপ্পদা লৈতে হাযবসি লেঙদবা নিযমনি। মরম অসিনা শ্রীভগবান্না হায়রিবনি— মতুদি জগৎপুম্বসি ঐগোন্দা চঙজতুনা লৈবা ডাক্তনি, অদুগা ঐদি তাইবঙ ( জগৎ ) অসিদা চঙজতুনা লৈতে। ৪ ।

ইবু ঙো নহাক্না ফোঙদোক্তনা শীন থুংনা লৈরগা জগৎপুম্বগী চঙজকম হায়বদি লৈনকম ওইনা লৈরবদি শোয়দনমক নহাক জগৎসিগা মরী লৈনতুনা শম্নগনি, অদুগা মতুদগী জগৎ অসিগী দোষ গুণশিংস্থু নঙোন্দা শেংদনা লাকনি হায়মা চিন্নবদা, জগৎসিগী আরোপ তৌনবা মফম ওইনা কৃষ্ণ ঐগোন্দা চঙজকম ওইবনি, অশেংবমক্তি জগৎ অসি কল্পিত ওইবা মরমদগী ঐগা শম্নতুনা লৈতে হায়বসিবু অস্থুমা তাবি—

ন চ মৎস্থানি ভূতানি পশ্য মে যোগমৈশ্বরম্।
ভূতভৃন্ন চ ভূতস্থো মমাত্মা ভূতভাবনঃ ॥ ৫ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা :— ভূতানি=অচৎ চত্ত জগৎপুম্বসিস্থ মৎস্থানি ন=কৃষ্ণ ঐগোন্দা অশেংবা মওঙদা চঙজতুনা লৈত হাযবদি সূপ্না লৈ হায়না কল্পনা তৌবত্তনি, মে—কৃষ্ণ ঐগী, ঐশ্বর = ওইথোক্তববুস্থ ওইথোকহনবা ওস্না যোগং=ঈতীক ঈগুণসিবু, পশ্য=অর্জুন নঙনা পুক্নীং লৈতানা বিচার তৌদুনা য়েংউ ভূতভৃৎ=কৃষ্ণ ঐসে জগৎসিগী উপাদান ( শাম্নবা মচাক ) ওইনা মথোয়পুম্ববু পুদুনা লৈ, চ—অদুগা ভূত ভবন—জগৎ অসিগী নির্মিত্তস্থ ( শাবিরাহ্ন ) কৃষ্ণনি, অদুবু—মম আত্মা—কৃষ্ণ ঐগী সৎ-চিৎ আনন্দ ওইবা অশেংবা মশক আসদি, ন ভূতস্থ =জগৎসিগা শম্নতুনা লৈতে। ৫ ।

**অপুনবা অর্থ :—** অচং চত্ত জগৎপুম্বসিস্থ কৃষ্ণ ঐঙোন্দা অশেংবা ওইনদি চংজংনা লৈতে। কৃষ্ণ ঐগী ওইথোক্তববুস্থ ওইথোকহনবা ঙম্না ইতীক ইগুণশিংবু অর্জুন মঙনা বিচার তৌহনা যেংউ। কৃষ্ণ ঐসে জগৎপুম্বসিগী শাবনবা মচাক (উপাদান) ওইনা মখোয়পুম্ববু পুহনা লৈ অহুগা তাইবঙসিগী (জগৎসিগী) শাবিবস্থ (নিমিত্তস্থ) কৃষ্ণ ঐমক্তি অহুবু ঐগী স চি আনন্দ ওইবা অশেংবা মশক অসিদি জগৎ অসিগা শম্নহনা লৈতে ।৫।

## অথূপ্পা বা

শ্লোক অসিদা শ্রীভগবান্না অর্জুনবু রাজবিদ্যা ফহনগে হায়বগীদমক য়াম্না থূপপ্রবা রা তাক্লি। গবান লেংলি পাল্লিবা অচ চত্ত জগং অপুম্বসিগী উপাদান অমস্থং নিমিত্ত (মচাক অমস্থং াবনবা ওইহনা জগ অসিগী চঙজকম অমত্ত ঙাকপি শেনবীবা ওইহনা লৈরবস্থ মহাক জগ অসিগা লোয়ননা মরী থমহনা) করিমত্ত শম্নদে হায়রি। মসি ব্যবহারগী মীংয়েংদা য়েংহনা চংনবীগী মতু ইম্না বিচার তৌরবদি ওইথোক্তনা উই। মরমদি— উপাদান কারণ (শাবনবা মচাক) মতম পুম্নমক্তা পরীণামী (মওং ওন্থাকপা য়াবা পোং) ওইহনা শাবিবা পোং অহুগা শম্নে। শাগদৌরিবা পোংকী মনুং চম্না অমত্ত ওইনা লৈবা মরমবু উপাদান কারণ কৌই। খুদমদি লৈপাক অসি চফূগী উপাদান কারানি মরমদি— লৈপাক অসি শাগদৌরিবা চফহুগী মনুং চম্না অমত্ত ওইনা লৈবা মরম্নি। লৈপাক অহু মানা হাম্না লৈরম্বা মওং অহু ওন্থোক্তনা (থাদোক্তনা) চফ ওইবা ঙমদে, মওং ওন্থোক্লবতদা চক ওইবা ঙমগদবনি। মরম অসিনা লৈপাক পরিণামী উপাদান কারণনি অহুগা চফু মাগী থবক পরিণামনি (মওং ওন্থোক্লবা পোংনি)। মতৌ অম্নম্না শ্রীভগবানবু জগৎ অসিগী উপাদান কারানি হায়রবদি মহাক শোযদনা পরিণামী (মওং ওন্থাক্রবা পো ) ওইগনি অহুগা জগৎ অসি মাগী পরিণাম ওইগনি। অহুগা চফূবু শেম্বী-শাবিবা মী চফূগী নিমিত্ত কারণনি হায়বদি শাবিবা মীনি। মঙোন্দস্থ ক্রিয়া লৈতনা হায়বদি অতৌবা লৈতনা মহাক চফু শাবা ওইবসি ওইথোক্তবনি। মতৌ অহুম্না শ্রীভগবান্দস্থ ক্রিয়া লৈতনা মানা জগৎ শাবসি ওইথোক্তে মরম অসিদগী শ্রীভগবান্দ ক্রিয়া লৈ হাযবসিবু শোযদনা য়াবা তাই। অহুবু মহাক জগ অসিগী উপাদান ওইনা চঙজফম ওইরবস্থ পরিণামী নত্তে অমস্থং নিমিত্ত ওইরবস্থ মঙোন্দা ক্রিয়া লৈতে হায়বসি করম্না য়াগনি? মরম অসিনা শ্রীভগবান্না হায়রিবা অমস্থং জ্ঞানগীদমক তাক্লিবা রাসিবু নীথিনা খঙনবগীদমক অহানবদা খদম অমা লৌ সি— থৌরী মকক্কী অজ্ঞান্না (খঙদবনা) মরম ওইহনা থৌরী মকক অহু লিন নচিংবা পোং কয়ামুক্কী মশক ওইনা উই। উরিবা লিন নচিংবা পোংশিং অহুগী চঙজফম ওইবা উপাদান কারণ থৌরী মকক্তি, থৌরী মকক লৈত্রবদি কদোংঙদস্থ লিন নচিংবা উবা য়ারোই। মরম অসিনা থৌরী মকক অহুমক্তবু লিল ওইনা উরিবনি, অহুবু মহমক ওইহনস্থ উরিবা লিন-নচি বা পুম্নমক অহু থৌরী মকক্তা লোম্ননা সূকশম শম্নদে, থৌরী মকক অহুদি মাগী হাম্নগী লেঙদবা

অমসুং কায়দবা মওঙ-মশক অচদা মতম পুম্নদা লৈ। মতৌ অসুম্না শ্রীভগবানবু খঙদবগী মশক ওইবা মায়ানা মরম ওইহনা শ্রীভগবান লেঙশি-পান্নিবা জগৎপুম্বসি উম্নিবনি অমসু, ইবুঙো মহাক পুম্নমক্কী চঙজকম ওইনা উপাদান কারণ ওইরিবনি। অহুমক ওইহনসু মতোন্দা উন্নিবা জগৎ অসিগা লোয়ননা মহাক কদৌঙৈদসু শম্নদে। মতম পুম্নমক্তা তোপ তোপ্পা মশাগী মওঙদা লেঙদনা লৈ। মরম অসিনা বেদান্তদর্শনগী অধ্যাসভাষ্যদা শ্রীশঙ্করাচার্য্যজীনা অসুম্না ইরি— "যত্র যদধ্যস্তং তৎকৃতেন গুণেন দোষেণবাহণুমাত্রেণাপি ন সংবধ্যতে।" হায়বদি চঙজকম ওইনা লৈরিবা পোৎ অহুদা আরোপ তৌহনা উন্নিবা পোৎ অহুনা তৌবা গুণ নত্রগা দোষ অহু চঙজকম ওইবা পোৎ অহুদা মরীক অমত্তং ফাওবা শূকশম শম্নদে।

অহুগা থৌরী মকক খংলবা মতুংদা মহুদা চঙজহনা উন্না লিল নচিংবা পুম্নমক অহু থৌরী মকক্কুগী অতোপ্পা নত্তে হায়না খঙবগী মতৌগুম্না জগৎ পুম্নমকসিগী চঙজকম ওইনা লৈরিবা ইবুংঙো মাগী অশেংবা মাক নওঙ অহু খঙনমক্কুদা মঙোন্দা চঙজহনা উন্নিবা জগৎ অসিবুসু ইবুংঙো মঙোন্দগী অতোপ্পা নত্তে পুম্না ইবুংঙো মাগী মায়ানা তোপ্পা উবদনি হায়বসি লেপ্পা ভমগনি। শ্রুতিনসু অসুম্না হাযরি—

উপাদানং প্রপঞ্চস্য ব্রহ্মণোহন্যন্ন বিদ্যতে।
তস্মাৎ সর্ব্বপ্রপঞ্চোহয়ং ব্রহ্মৈবাস্তি ন চেতরৎ॥
(যো শি উ ৪।৩)

"জগৎ অসিগী উপাদান কারণ ব্রহ্মদগী অতোপ্পা পোৎ অমা নত্তে। মরম অসিনা জগৎ অসি ব্রহ্মনক্তি, অতোপ্পা অমা নত্তে।"

যথা রজ্জুং পরিত্যজ্য সর্পং গৃহ্লাতি বৈ ভ্রমাৎ।
তদ্বৎ সত্যমবিজ্ঞায জগৎ পশ্যতি মূঢ়ধী॥
রজ্জু খণ্ডে পরিজ্ঞাতে সর্পরূপং ন তিষ্ঠতি।
অধিষ্ঠানে তথা জ্ঞাতে প্রপঞ্চে শূন্যতাং গতে॥
(নাদবি উ ২৬।২৮)

"শেৱান না হায়বদি লান্না খঙবদগী থৌরী মকক লৌবগী মহুত্ত লিল ওইনা লৌংবগুম্না ইবুংঙো মাগী অশেংবা মশক খঙদবদগী জ্ঞান লৈতবা অপঙবা মীনা ইবুংঙো মাগী মহুত্তা তাইবং (জগৎ) অসিবু উন্নিবনি। অহুগা থৌরী মকক খঙলবদা লিল লৈখিদবগী মতৌগুম্না জগৎকী চঙজকম (তুংনফম) ওইবা ইবুংঙো মাবু খঙলবদা জগৎ অসি সূক্লৈ লৈয়োইদবনি।"

"জগন্নাম্না চিদাভাতি সর্ব্বং বৈব্রহ্ম কেবলম্"— (যোগশি উ ৪।১৮)— "জগৎ হায়না মিং লৌ হনা চিংকী (জ্ঞানগী) মশক ওইবা ব্রহ্ম উন্নিবনি, মরম অসিনা পুম্নমকসি সুপ্পা ব্রহ্মনক্তি।"

মতৌ অদুম্বা শংশঙবা খঙবসি জ্ঞান-বিজ্ঞাননি, মসি রাজবিদ্যানি, মসিবু তাক্কে হায়বগীদমক শ্রীভগবান্না অর্জুনবু নিমিত্ত ওইনা লৌ'হুনা জ্ঞান কংবদা মতীক চাবা মীশিংগীদমক ইবুংঙো মঙোন্দগী অতোপ্পা অমা নৈতে, য়েংউ-য়েংউবদা ইবুংঙো মহাক্কেবু য়েংউ হায়বদি উন্নিবা পূম্নমক ইবুংঙো মহাকমক্তি খঙউ হায়বনি। অদুগা ইবুংঙো মহাক্কগী অতোপ্পা অমা নৈতবা মরমদগী মশামকপু ক্রিয়া নৈত্রবস্তু নিমিত্ত কারণনি হায়না হায়বনি ॥ ৫ ॥

করিগুম্বা পোং অমত্তগা লোয়নবা শম্নত্রবস্তু ইবুংঙো মঙোন্দা জগৎপুম্বসি চঙজহুনা লৈ হায়বসিবু খুদমগা লোয়নবা অদুম্না তাক্লি—

যথাঽঽকাশস্থিতো নিত্যং বায়ুঃ সর্ব্বত্রগো মহান্।
তথা সর্ব্বানি ভূতানি মৎস্থানীত্যুপধাবয ॥ ৬ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — সর্ব্বত্রগ = মফম পুম্নমক্তা চত্তুনা শীংলিবা মহান — য়াম্না পাক চাউবা বায়ু — নুংশিং যথা — অদুম্না, নিত্যং = মতম পুম্নমক্ত আকাশস্থিত = করিমত্ত শম্নদবা আকাশদা লৈ তথা = মতৌ অদুম্না সর্ব্বাণি ভূতানি — অচং চত্ত জগৎ পুম্বসি, মৎস্থানি ইতি — করিমত্ত শম্নদনা লৈবা সাক্ষাৎ পরমাত্মা কৃষ্ণ ঐঙোন্দা চঙজহুনা লৈ হায়না, উপধারয় = পুক্নীংদা বিচার তৌহুনা লেপউ ।৬।

**অপুনবা অর্থ** — মফম পুম্নমক্তা শীংলিবা অদুগা য়াম্না পাক-চাউবা নুংশিংবা মতম পুম্নমক্তা করিমত্ত শম্নদবা আকাশদা লৈবগী মতৌগুম্না অচং চত্ত জগৎপুম্বসিস্তু করিমত্তা শম্নদবা লৈবা কৃষ্ণ ঐঙোন্দা লৈ হায়না পুক্নীংদা বিচার তৌহুনা লেপউ ।৬।

অথূপ্পা বা

আকাশগী অহাঙবা মফমদা নুংশিং শীত্তুনা লৈ হায়বসিবুদি মী পুম্নমক্তা খঙনরিবনি। মরম অসিনা নুংশিংকী চঙজফম (লৈনফম) আকাশনি। অদুগা নু শিত্ত নত্তনা তাইবং (জগৎ) পুম্নমক অসিস্তু আকাশদা লৈম্নিবনি। অদুবু আকাশ অসি মঙোন্দা চঙজহুনা লৈবা করিগুম্বা পোং অমত্তগা শম্নদে অমস্তুং লৈরিবা নুংশিংনচিংবা পোংশিংগী দোষ গুণস্তু আকাশদা লাক্তে। মতৌ অদুগুমহুনা পোং পুম্নমক্তা লোয়নবা আকাশগীস্তু চঙজফম ওইনা লৈরিবা পরমাত্মাসি করিগুম্বা পোং অমত্তগা শম্নদে। মরম অসিনা শ্রুতিনস্তু অদুম্না হায়রি— "অসঙ্গো হ্যয়ং পুরুষং" (বৃহ উ ৪।৩।১৫)— "থরায়পানবা পুম্নমকী হৃদয়দা লৈরিবা আত্মাসি কনা অমত্তগা শম্নদবনি। "অলেপকং সর্ব্বগতং যদদ্বয়ম্" (মু উ ২।৭৩)— অনীগুবা লৈতবা ব্রহ্মগী মশক ওইবা আত্মাসি মফম পুম্নমক্তা শীন থুংনা লৈবান অদুগা পাপ পুণ্যনচিংবা করিগুম্বা পোং অমত্ত শম্নদবনি।" মরম অসিনা অসিগুম্বা পরমাত্মতত্ত্বসিবু মীপুম খুদিংনা মশামক্তি খঙনবা হোৎনগদবনি হায়বসি শ্রীভগবানগী অথূপ্পা অভিপ্রায়নি।৬॥

মতৌ অসুম্না লৈশেমহুনা জগৎ লৈরিবৈগী মতম অসিদা ইবুংঙো মঙোন্দা করিগুম্বা পো অমত্ত শমদে হায়বসি ভাক্লগা হৌজিক লৈমাঙবা ( প্রলয় ) মতমদসু শমদবা অহুবু শ্রীভগবান্না অসুম্না তাক্লি—

সর্ব্বভূতানি কৌন্তেয প্রকৃতিং যান্তি মামিকাম্।
কল্পক্ষযে পুনস্তানি কল্পাদৌ বিসৃজাম্যহম্ ॥৭॥

অন্বয ব্যাখ্যা — কৌন্তেয়=কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন! কল্পক্ষয়ে—কল্প লোইখিহুনা লৈমাঙবা ( প্রলয় ) মতম লাক্লবদা, সর্ব্বভূতানি=অচৎ-চত্ত জগৎপুম্বসি মামিকা—পরমেশ্বর কৃষ্ণ এগী প্রকৃতি—সত্ত্ব রজ তম গুণ অহুমগী মশক ওইবী মায়াদা যন্তি—তিন্দুন থুপ্পুনা লৈ ন- অহুগা অমুক হন্না, কল্পাদৌ=কল্পগী অহৌবা লৈশেম্বা ( সৃষ্টি ) মতম লাক্লবদা তানি=থুপ্পুনা লৈরি মখোয় পুম্নমক অহুবু অহং বিসৃজামি—কৃষ্ণ ঐনা তোংডানা শেমদোকই ॥৭॥

অপূনবা অর্থ।— কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন! কল্প লোইখিহুনা লৈমাঙবা ( প্রলয় ) মতম লাক্লবদা অচৎ চত্ত তাইবং ( জগৎ ) অপুম্বসি কৃষ্ণ ঐগী মায়াগী মশক ওইবী প্রকৃতিদা তিন্দুনা লৈ অহুগা অমুক কল্পগী অহৌবা লৈশেম্বা ( সৃষ্টি ) মতমদা মখোয় পুম্নমক অহুবু কৃষ্ণ ঐনা শেমদোকই ॥৭॥

## অথূপ্পা বা

অজ্ঞানবদা শ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙো মহাক অচৎ চত্ত জগৎপুম্বসিগী চঙজকম ওইবা উপাদান কারণনি অহুগা শেম্নি শাবিবা ওইবা নিমিত্ত কারণনি হায়বসিবু শ্রীভগবান্না তাকপ্রে। মহুদা থবক ওইবা লৈবা পোৎলবা মাঙবা মতমদা মাগী উপাদান কারণদা ( শাবলবা পোৎচাক্লা ) তিলবা মায়ক্লি। মসিবু থূদম ওইবা উত্তরনা তাক্লবদি— থবক ওইবা লৈবা চকুনা কায়দুনা মাঙবা মতমদা লৈপাক্লা তিন্দুবা লৈখিবসি ময়েক্লা তাবনি, মহাক লৈপাক্লা মরী লৈবদে অমসু শমদে হায়বা য়াদে। মতৌ অসুম্না শ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙো মহাক জগৎ অসিগী উপাদান কারণ ( পোৎচাক ) ওইবনী জগৎ মাঙবা মতমদা মঙোন্দা শোয়দনা তিন্দুবা শমগনি, অহুবু ইবুংঙো মঙোন্দা কারিমত্ত শমদে হায়বসিগী অথূপ্পা বাদি অসিনি—থৌরী মরক্তা চঙজহুনা লৈরিবা অমসুং উরিবা লিলগী উপাদান কারণ ( মচাক ওইবা মরম ) থৌরী মকক ওইরবসু লিল অহু মাঙবা মতমদা থৌরী মকক অহুদা করিমত্ত শমদে। মতৌ অসুম্না কার্য্যগা হায়বদি থবক্তা লোয়ননা শমদবা উপাদান কারণ অসিবু বিবর্ত্তী উপাদান কারণ কৌই। অহুগা বিবর্ত্তী উপাদান কারণনা ( পোৎচাক্লা ) শাবা থবক ( পোৎ ) অহুবু বিবর্ত্ত হায়না কৌই। থৌরী মকক্তা উরিবা লিল থৌরী অহু থবক ওইবা বিবর্ত্তনি অহুগা থৌরী মকক অহু বিবর্ত্তী উপাদান কারণনি। মতৌ অসুম্না জগৎ অস শ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙো মাগী বিবর্ত্ত ওইবা থবক্নি অহুগা ইবুংঙো মহাক বিবর্ত্ত ওইবা তাইবং (জগৎ) অসিগী বিবর্ত্তী উপাদান কারণনি। মরম অসিদ জগৎ মাঙবা মতমদা ইবুংঙো মঙোন্দা থজিক্লে

কাওবা শম্বদে হায়বদি সুকশম শম্বদে। অদুগা চফুগী পরিণামী ( মওং ওন্থোক্লুনা লৈবা ) উপাদান কারণ ( পোংচাক ) লৈপাক্তা চফুনা মাঙবা মতমদা তিন্দুনা লৈবগী মতৌগুম্না তাইবঙ ( জগৎ ) ওইবা থবক অসিন্দু মাঙবা মতমদা মাগী পরিণামী উপাদান কারণ ওইবা প্রকৃতিদা তিন্দুনা লৈ। মরম অসিদগী জগৎ অসিগী পরিণামী উপাদান কারণ ওইবী প্রকৃতি অসিদি শ্রীভগবানগী শক্তি ওইবী অমসুং সত্ত্ব, রজ অমসুং তম গুণ অহুমগী মশক ওইবী মায়ানি। মসিবু শ্রুতিনা অসুম্না তাক্লুনা থগহল্লি— "মায়াং তু প্রকৃতিং বিদ্যান্মায়িনং তু মহেশ্বরম্" ( শ্বেত উ ৪। ১০ ) "মায়াবুদি প্রকৃতিনি হায়না খঙউ অদুগা ভগবান মহেশ্বরবু মায়ীনি হায়বদি মায়াগী মশক ওইবী শক্তিগী মপুনি হায়না খঙউ।" মরম অসিনা পরিণাম ওইবা জগৎ অসিন মাঙবা মতমদা পরিণামী উপাদান প্রকৃতিদা তিন্দুনা য়াম্না কুপ্না মওংদা থুপ্তুনা লৈ হায়বসিবু শ্রীভগবান্না তাকপনি। থাঙ্গশেংনমক মওং ওন্থোক্লুনা থবক ওইনা লৈবা পো পু পরিণাম কৌই, অদুগা মওং ওন্থোক্লিবা পোং অদুবুদি পরিণামী উপাদান কারণ কৌই। অদুগা মওং ওন্থোক্লুবসু ওন্থোকপগুম তৌদুনা থবক ওইনা উরিবা পো অদুবু বিবর্ত্ত কৌই। মদুদি থৌরী মকক্ মওং ওন্থোক্লুবসু মওং ওন্থোকপগুম তৌদুনা উরিবা লিল অদু থৌরী মকক্কী বিবর্ত্ত ওইবা থবক্নি। অদুগা থৌরী মকক্ অদুদি মওং এন্দবা মশাগী মওংদা লেংদনা লৈবা বিবর্ত্তী উপাদান কারণনি। মতৌ অসুম্না শ্রীভগবান্না লীলাগী মশক ওইনা জগৎ অসিবু ঙমখৈ লৈতবা মতমদগী তৌদুনা হন্না হন্না কল্প থুদিংদা সৃষ্টি অমসুং প্রলয় তৌদুনা লৈ। কল্প অমমমদা মীওইবগী চহী ৪৩২০০০০০০০ লৈ হায়বসিদি ৮ শুবা অধ্যায়গী ১৭ শুবা শ্লোকী অথুপ্পা বাদা শন্দোক্লা ইগ্রে। ৭।

ইবুংঙো মহাক্তি করিগুম্বা পোং অমত্তগা শম্নবা তৌদনা মশাগী মওংদা লেংদনা লৈবা মরমদগী মহাক্না জগৎ সৃষ্টি অসিবু করম্না তৌই হায়না চিংনরবদা মসিগী পাউখুম অসুম্না পীরি—

প্রকৃতিং স্বামবষ্টভ্য বিসৃজামি পুনঃ পুন ।
ভূতগ্রামমিমং কৃৎস্নমবশং প্রকৃতের্বশাৎ ॥ ৮ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা।**— স্বাং=পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐগী উপাধিগী মশক ওইবী, প্রকৃতিং—হায়কম থংদনা অংকপগী মশক ওইবী মায়াবু, অবষ্টভ্য=কৃষ্ণ ঐনা ঈথা পোম্না থম্লগা, প্রকৃতে বশাৎ=মায়া অসিগী মথা পোন্দুনা লৈবা মরম্না, অবশং=মনী তম্বা ঙমত্রবা ইম কৃৎস্নং ভূতগ্রামং=অচৎ-চত্ত লেংলি-পাল্লিবা জগৎ পুম্নসিবু, পুন পুন=হন্না হন্না, বিসৃজামি=মখোয় মখোয়না তৌখিবা কর্ম্মশিংগী মতুং ইন্না মথল-মথা অয়াম্বা মওং ওইনা শেমই। ৮।

**অপুনবা অর্থ**:— পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐগী উপাধিগী মশক ওইবী মায়াবু ঈথা পোম্না থম্লগা, মায়াগী মথা পোন্দুনা লৈবা মরম্না মনীং তম্বা ঙমত্রবা অচৎ চত্ত জগৎ পুম্নসি মখোয় মখোয়না তৌখিবা কর্ম্মশিংগী মতুং ইন্না মথল মথা অয়াম্বা মওংদা কৃষ্ণ ঐনা হন্না হন্না শেমই। ৮।

## অথুম্বা বা

পরমেশ্বর মশাগী অশেংবা মওঙদা লৈহুনা করিমত্ত তৌত্রবস্নু মহাক মাগী উপাধি ওইনা মখা পোন্দুনা লৈবা মায়াগী সত্ত্বগুণদগী জ্ঞানশক্তি, রজোগুণদগী ক্রিয়াশক্তি অমস্মুং তমোগুণদগী ইচ্ছাশক্তি ওইরক্নুনা অহুম অসিনা তিন্দুনা লৈবগুম তৌই। অশে বমক্তি শক্তি অহুম অসি মায়াগীনি, পরমেশ্বরগী নত্তে। অহুগা মতৌ অস্নুম্না শক্তি অহুম অসি তিন্দুনা লৈরিবা মায়া অহুগী মচুংদা অহানবা কল্পদা ওইখিবা জীব পুম্নমক্কী পাপ পুণ্যগী মশক ওইবা সংস্কার পুম্নমক তিন্দুনা লৈবা মরমদগী সংস্কারশিং অহুনা মরম ওইহনা কল্প অসিদা অমুক হন্না মখল মখা অয়াম্বা অচং চত্ত তাইবঙ (জগৎ) পুম্নমকসি কোংদোক্লকই। অস্নুম্না জগংকী কোংদোক্লকপা অসিবু শ্লোক অসিদা শ্রীভগবান্না মাগী থৃংশেম্নি হায়না ভাকপনি। মসিগী মরমদা শ্রুতিশিংনস্নু অস্নুম্না হায়রি— "তদৈক্ষত বহুস্যাং প্রজায়েয়েতি তৎ তেজোঽসৃজত" (ছা উ ৬।২।৩)— "(মথক্তা হায়খিবা মায়াগী জ্ঞানশক্তি-নচিংবা শক্তি অহুম লৈবা মরমদগী) পরমাত্মানা খল্লী (ইচ্ছা তৌই)— ঐ ইতোমদা ময়াম ওইহনা প্রজাশিংবু শেমগে। মতুদগী মহাক্না মৈবু শেম্মী।" "স ঈক্ষত লোকান্নু সৃজা ইতি। স ইমাল্লোঁকানসৃজত।" (ঐত উ ১।১)— "মহাক্না লোকশিংবু শেমগে হায়না বিচার (খখল) তৌই। মতুদগী মহাক্না লোকশিংবু শেমখি।" "অস্মান্মায়ী সৃজতে বিশ্বমেতত্তস্মিংশ্চান্যো মায়য়া সংনিরুদ্ধ" (শ্বেত উ. ৪।৯)—"মায়াবু উপাধি ওইনা লৌংহুনা লৈবা মায়ী পরমাত্মানা অচং চত্ত জগ পুম্নমসিবু শেমই অহুগা মায়া অহুনা মরম ওইহনা অতোপ্পা পুম্নমকসি মাংন্দা চত্তনুনা লৈ।"

মরম অসিনা চংনবীদা জীবাত্মানা মওগী মতমদা মনদা লৈবা মখল মখা অয়াম্বা সংস্কারনা মরম ওইহনা মওগী অচং চত্ত পোংশিংবু শেম্নগুম তৌবা অহুগুম্না পরমাত্মানস্নু মশাগী মওঙদা অশেংবা ওইনা করিমত্ত তৌত্রবস্নু মায়াদগী ওইরকপা জ্ঞানশক্তি ক্রিয়াশক্তি অমস্তু ইচ্ছাশক্তি অহুমসি মংোন্দা লৈবগুম তৌবদগী মায়াদা লৈবা জীবশিংগী সংস্কারশিংনা মরম ওইহনা কল্পগী অহৌবা মতমদা অচং-চত্ত, মখল মখা অয়াম্বা জগং অসিবু শেমই হায়বসি শ্রীভগবান মশামক্না মফম অসিদা ভাকপনি ॥ ৮॥

অহুবু ঈশ্বর ওইবা ইবুংঙো মহাক্না মখল মখা অয়াম্বা অনা চুংঙাই কংহুনা লৈরিবা অচং চত্ত তাইবঙ পুম্নসিবু শেম্নবদি মহুদা কমাবুনা সুংঙাইহনবা অহুগা কনা ঁমবুনা থাহনবা অসিনচিংবা তৌবা মরমদগী মীচঙ মীপায় থাইবা অমস্নু খৌজ্রাল লৈতবা খোকনি মসিদ বর্তনা মাবা তৌরিবা কর্মশিং অহুগা মনী লৈনবস্নু খোকনি হায়না চিংনরবদা মহুসী পাওথুম অস্নুম্না পীরি—

ন চ মাং তানি কর্ম্মাণি নিবধ্নন্তি ধনঞ্জয়।
উদাসীনবদাসীনমসক্তং তেষু কর্ম্মসু ॥ ৯॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — চ=অদুগা ধনঞ্জয়=থিংথৌ পুম্নমকপু জয় তৌদুনা লল খোমজিনবা ভক্ত অর্জুন। উদাসীনবৎ—অপাম মিহৌ অমন্থং মীচঙ-মীখায় নাইবা থাদোক্নুনা তুমীন্না লৈবা মীগী মতৌগুম্না তেষু কর্ম্মসু=সৃষ্টি, প্রলয় নচিংবা থবকশি অদুদা অসক্ত আসীৎ=অপাম-মহৌ থাদোক্নুনা অতৌবগী নাপল তৌদনা লৈরিবা, মাং=পরমেশ্বর ওইবা কৃষ্ণ ঐহাক্না, তানি কর্ম্মাণি=লৈশেম্ন নচিংবা থবকশিং অদুগী অফ ফত্ত মহৈ পুম্নমক ন নিবধ্নন্তি=কন্নিমত্ত পক্তে॥ ৯॥

**অপুনবা অর্থ**— অদুগা হে ধনঞ্জয়! অপাম মিহৌ অমন্থ মীচঙ মীখায় লৈতনা তুমিন্না লবা মীগী মতৌগুম্না লৈশেম্ননচি বা থবকশিং অদুদা অপাম-মীহৌ থাদোক্নুনা অ' গী নাপল লৈতনা লৈরিবা কৃষ্ণ ঐহাক্না থবকশি অদুগী অফ ফত্ত মহৈ অমত্ত পক্তে। ৯।

## অথুপ্পা বা

পরমাত্মানা অচৌ অপীক মখল মখা অয়াম্বা লৈশেম্ন নচিংবা থবক তৌবদা কন্নিগুম্বা মখল অমত্তগী মীচঙ-মীখায় নাইদে হায়বসিগী মরমদা বেদান্তদর্শনদা অস্থুম্না হায়রি—"বৈষম্যনৈর্ঘৃণ্যে, ন সাপেক্ষত্বাৎ তথাহি দর্শয়তি" (বে দ ২।১।৩৪)—"ঈশ্বর জগৎকী শেম্নী শাবীবা মপু ওইবা য়ান্নোই মরমদি মহাক জগৎকী শেম্নী-শাবীবা মপু ওইরবদি মীচঙ-মীখায় নাইবা (বৈষম্য) দোষ শোয়দনা লাক্কনি। মরমদি কনাবু য়াম্না নুংঙাইহনবা অদুগা কনা অমবুনা য়াম্না নাহনবা অমন্থং কনাবু মগায় ওইনা থম্বা অসিনচিংবা তৌবদগী মহাক মীচঙ-মীখায় নাইবা থোক্কনি; অদুগা মীচঙ মীখায় নাইরবদি মহাক ঈশ্বরনি হায়বা য়াদে। মসিদ নত্তনা মহোন্দা থোজাল লৈতবা (নৈর্ঘৃণ্য) দোষসু লাক্কনি। মরমদি মহাক মশামক্না শেমদুনা লৈরিবা জীব পুম্নমকপু মতম পুম্নমক্তা অরাঅনা পীদুনা হাম্বুনা লৈ অদুগা মহাপ্রলয়গী মতমদদি পুম্নমকপু পুম্নাঙ মাঙহল্লী। মরম অসিনা অসিগুম্বা ঈশ্বর অসিবু য়াবদা কন্নিমত্তা কানকম থেক্তে হায়না চিংনরবদা পাউথুম অস্থুম্না পীরি — ন—ঈশ্বরগী মরমদা অস্থুম্না হায়বসি চুমদে, মরমদি—সাপেক্ষত্বাৎ=মানা তৌরিবা লৈশেম্ন নচিংবা থবক পুম্নমক জীবশিংনা অহানবদা তৌখিবা পাপ-পুণ্য কর্ম্মশিংগী মতুং ইনবা ঙাক্কনি অমন্থং মহুদগী অচৌ অপীক, অরা নুংঙাই নচিংবা থায়বনি। মকাক্না মনী তম্না কনাবু নাহন্দে, নুংঙাইহন্দে অমন্থং হাত্তে, সুপ্পা জীবশিংনা তৌখিবা কর্ম্মশি গী মতুং ইন্না মহৈ পীগদবনি।" খুদম ওইনা হায়রবদি কনাগুম্বা অকবা বিচারক জজ অমনা মাগী মথৌ ওইনা য়ায়েন্দুনা কনাবু ফাঁসী পী, কনাবু জেলদা থায় অদুগা কনাবুনা থাদোকই। মতৌ অস্থুম্না মানা তৌরিবা অদু মীশিং অদুগী কর্ম্মগী মতুং ইনবা ঙাক্কনি। মরম অসিনা মহুম্না তৌবদা জজ অদুবু কনা অমত্তনা মীচঙ মীখায় নাই অমন্থং নুংশিহৈতে হায়দে। মতৌ অহুম্না ঈশ্বরগী মরমদসু খঙগদবনি। তথাহি দর্শয়তি=মসিবু শ্রুতিনসু অস্থুম্না হায়রি—"পুণ্যো বৈ পুণ্যেন কর্ম্মণা ভবতি, পাপ পাপেন" (বৃং উ ৩।২।১৩)—পুণ্য কর্ম্মনা মরম ওইনা পুণ্য ওইবা দেবতা নচিংবগী মপোক কংই অদুগা

পাপ কর্ম্মনা মরম ওইদুনা পাপ ওইবা তীল্ কাঙ, হল্-মচিংবগী মগোক ফংই।" "য ইহ রমণীয় চরণা অভ্যাশো হ যত্তে রমণীয়াং যোনিমাপদ্যেরন্ অথ য ইহ কপূয়চরণা অভ্যাশো হ যত্তে কপূযাং যোনিমাপদ্যেরন্।" (ছা উ, ৫।১০।৭)—"মগোক অসিদা অফবা থবক অমসুং মীংখিবা লমচৎ চত্থুনা লৈবা মীশিং অদুনা শিন্নবা মতুংদা য়াম্না ফবা মগোক ফংই অদুগা ফত্তবা অমসুং অযোংবা লমচৎ চত্থুনা লৈবা মীশিংনা য়াম্না ফত্তবা মগোক ফংই।" মরম অসিনা শ্রীভগবান্না মীচঙ মীথায় নাইদুনা অফ ফত্ত মগোক ফংহন্দুনা অরাম্বু ওাই পীবা নত্তে জীবশিংনা মখোয়না তৌখিবা কর্ম্মগী মতুং ইন্না ফংবা ওাকুনি। শ্রীভগবান্দি লোংগী মতৌগুম্বনি। লোংনা ঈশিং চাইদুনা লৈপাক মন্দু দা ফুমদুনা লৈরিবা মথম মথা অয়াম্বা মরুশি বু মখোয় মখোয়গী মওঙ মতৌদা হোইহনবনি, মখোয়না খেন্নবা হৌরকপন্থ লোংনা তৌবা নত্তে মরুশিংদা লৈবা সংস্কার খেন্নবদগীনি। মতৌ অসুম্না জীবশিংগী খেন্নবা লৈরিবা সংস্কারশিং অদুগী মতুং ইন্না পরমাত্মানা মরম ওইদুনা খেন্নখেন্নবা জীবশিংনা পোকপনি। গীতাদসু শ্রীভগবান্না অসুম্না হায়রিখি—"যে যথা মাং প্রপদ্যন্তে তাংস্তথৈব ভজাম্যহম্ (গীতা ৪।১১)—"মীশিং অদুনা কৃষ্ণ ঐগী ইফমদা চঙজরকপা অদুগী মতুং ইন্না কৃষ্ণ ঐনসু মখোয়গী মফমদা তৌই।" মরম অসিনা ঈশ্বরদা মীচঙ মীথায় নাইবনচিংবা দোষ ফরিমত্ত লৈত্তে হায়বসিবু শোয়দনা য়াফম থোকই।

অদুগা মহাক তাইবঙগী মপু ওইদুনা পুম্নমকসিবু শেম্বী শাবীবা ওইরবসু মখোয়গা সুকশম শম্নদনা লৈ, সুপ্না মাগী মথা পোন্দুনা লৈবা মায়ানা মরম ওইনা ইবুঙো মানা শেম্বী শাবী হায়নবদনি। অশেংবা মওঙদদি মহাক মতম পুম্নমক্তা ফরিগুম্বা পোং অমত্তগা শম্নদনা লৈ। শ্রুতিদসু মসিবু অসুম্না হায়রি— "নির্বিচ্ছত্বাদকর্ত্তাসৌ" (ম উ ৪।১৪)—"ফরিগুম্বা পোং অমগী অপাম্বা লৈত্তবদগী পরমাত্মাসি ফরিগুম্বা থবক অমগী কর্ত্তা (অতৌবা মী) নত্তে।" "নিষ্কলং নিষ্ক্রিয়ং শান্তম্" (শ্বেত' উ ৬। ১৯)—"পরমাত্মা কায়াং লৈত্তবনি ক্রিয়া লৈত্তবনি অমসুং য়ায়া তপ্না লৈবনি।" "অনন্তশ্চাত্মা বিশ্বরূপো হ্যকর্ত্তা" (না' প উ ১।৮)—"আত্মা ওমথৈ লৈত্তবা শীনথুনা লৈ পুম্নমকসি মহাকী মশক্তি মহাক অতৌবসু (কর্ত্তাসু) নত্তে।" "অসঙ্গো ন হি সজ্যতে" (বৃ' উ ৩।৯।২৬)—"আত্মা ফবা অমত্তগা শম্নদে শম্নদনা লৈবা মাগী স্বভাবনি।"

মরম অসিদগী শ্রীভগবান্দা কর্ম্মগী পাপ পুণ্য ওইবা মইংসু ফরিমত্তা পত্তে ॥ ৯ ॥

মথক্তা হায়খিবা অসিমক্তবু অমুক হন্না অশেংনা অসুম্না তাক্লি—

ময়াধ্যক্ষেণ প্রকৃতিঃ সূয়তে সচরাচরম্।<br>
হেতুনানেন কৌন্তেয় জগদ্বিপরিবর্ত্ততে ॥ ১০ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা :— কৌন্তেয়—কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন! ময়া অধ্যক্ষেণ=ইশা ইত্তোমদা ওাকুনে লৈবা অাবগী মথক ওইবা কৃষ্ণ ঐনা মপু ওইদুনা য়েংদুনা লৈবা মরমদগী, প্রকৃতিঃ—সত্ত্ব, রজ

তম গুণ অহুম্না তিনবী মায়াগী মশক ওইবী প্রকৃতিনা, সচরাচরং=অচং-চত্ত থরায়পাববশিংগো লোয়নবা জগৎপুম্নসিবু, সূয়তে=পোকই, অমেন হেতুনা=মতৌ অসুম্না মপু ওইবা কৃষ্ণ ঐনা মীংয়ে, তাহুনা লৈবা ময়মদগী, জগৎ=তাইবঙ অসি,' বিপরিবর্ত্ততে=সৃষ্টিদগী প্রলয় ফাওবদা মথল-মখা য়াম্না মওঙ ওন্থোক্লুনা লৈ ॥ ১০ ।

**অপূনবা অর্থ :—** কুন্তীগী মচা হে অর্জুন! পুম্নমকপু চালহন্দুনা থম্না জ্ঞানগী মশক ওইবা কৃষ্ণ ঐনা মপু ওইহুনা য়েংহুনা লৈবা ময়মদগী গুণ অহুম্না তিনবী মায়াগী মশক ওইবী প্রকৃতিনা অচং-চত্ত জগৎপুম্নসিবু পোকই। মতৌ অসুম্না মপু ওইবা কৃষ্ণ ঐনা মীয়ে, তাহুনা লৈবা ময়মদগী জগৎ অসি মথল-মখা য়াম্না মওঙ ওন্থোক্লুনা লৈ ॥ ১০ ॥

## অথূপ্পা বা

মায়া উপাধিনা ময়ম ওইহুনা পরমেশ্বরবু জগৎকী কর্ত্তানচিংবনি হায়বা মীনা খঙনবরবসু অশেংবা মওঙদদি মহাক করিমত্ত তৌদে মহাক্তি মঙালগী মশক ওইবা চেতন ( জ্ঞান ) ওইবা ময়মদগী পুম্নমকপু মতম পুম্নমক্তা চান্থোকহন্দুনা সাক্ষী ওইনা য়েংহুনতা লৈবনি। ময়ম অসিনা শ্রুতিনা অসুম্না হায়রি— "সাক্ষী চেতা কেবলো নিগুর্ণশ্চ ( শ্বেত উ ৬। ১১ )—"পরমাত্মা পুম্নমকপু য়েংহুনতা লৈবা সাক্ষীনি মহাক চেতন ওইহুনা পুম্নমকপু মঙাল পীবিবনি মহাক মথন্ত ওইবনি, মঙোন্দগী অতোপ্পা অমা লৈতবনি অমসুং করিসু তৌদনা তুমিন্না লৈবনি। মতৌ অসুম্না মহাক করিসু তৌদনা লৈরবসু মাগী মখা পোনবী, সত্ত্ব, রজ, তম গুণ অহুম্না তিনবী মায়াগী মশক ওইবী প্রকৃতি অসিনা জীবশিংবা অহানবা কল্লদা তৌখিবা কর্ম্মশিং, অহুগী মতুং ইন্না মথোয়বু মহে ( ফল ) পীগে হায়বগীদমক জগৎসিগী মওঙ ওইনা মশামকপু কোঙদোকহনবনি অহুগা পরমাত্মাদি মাগী ( প্রকৃতিগী ) চঙজকম ওইনা মপু ওইহুনা মাবু ( প্রকৃতিবু ) চান্থোকহন্দুনা লৈবদনি মহাক্তি করিসু তৌদে পুম্নমকসি প্রকৃতিনা তৌবা চাক্লনি। ময়ম অসিনা শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণদা অসুম্না হায়রি— "এষা মাযা ভগবত: সর্গস্থিত্যন্ত কারিণী" ( ভা ১১/৩/১৬ )—"শ্রীভগবানগী মায়াসি তাইবঙ শেম্নবা লৈনবা অমসুং মাঙনবা তৌবগী ময়মি।" অসিগুম্না মায়াসিবু শ্রীভগবান্না মাগী মখা পোন্না থম্নগা থবক তৌহল্লী হায়বসিবুসু অসুম্না হায়রি— "ঈশ্বরস্য মহামাযা তদাজ্ঞাবশ বর্ত্তিনী" ( ত্রি বি উ ৪/১ )— "ঈশ্বরগী মহামায়া অসি মহাকী য়াথং চাক্লুনা মখা পোগা লৈবীনি।" মতৌ অসুম্না ঈশ্বরগী মখা পোন্দুনা লৈবী মহামায়াগী মশক ওইবী প্রকৃতি মতোমদনা ওন্থোক-ওনশিন-নচিংবা তৌহুনা তাইবঙ শেম শাব নচিংবগী থবক তৌহুনা লৈবনি, অহুগা শ্রীভগবান্দি মাগী চঙজকম লৈজকম ওইনা লেঙদনা অমসুং করিমত্ত তৌদনা লৈবনি। মসিগুম্ন শ্রীভগবান মশামক্তা মনাই ভক্ত উদ্ধবকী মফমদা অসুম্না হায়রি—

প্রকৃতির্হ্যস্যোপাদানমাধারঃ পুরুষঃ পরঃ।
সতোঽভিব্যঞ্জকঃ কালো ব্রহ্ম তত্ত্রিতয়ং ত্বহম্‌॥

(ভাগ ১১।২৪।১৯)

"জগৎ অসিগী শান নবা মচাক প্রকৃতিনি পরমাত্মা মসিগী চঙজ লৈজরম্বনি, অমুম্না কালনা মসিবু থবক ওইনা কোঙদোকহনবনি। অমুবু হায়রিবা অহমসিমু পরব্রহ্মগী মশক ওইবা কৃষ্ণ ঐমক্তি, ঐঙোন্দগী অতে প্পা কনা অমত্ত লৈতে।"

মরম অসিনা থৌরী মকক্তা লিল উবগুম্না মথোয় অহুম (প্রকৃতি জগৎ, কাল) অসি শ্রীভগবান্দা উবনি অমুগা থৌরী মকক লিলগা শমদনা লৈবগম্না শ্রীভগবান মথোয় অসিদগী শম্বা তৌদনা ইতোপ তোপ্পা লৈবনি। ০।

অমু ওইরবদি ইবুঙো মহাকপু করি মরমদগী মীনা উপাঁৎ থৌওইদবা তৌরিবনো হা না চিংনরবদা মীওইবগী হকচাং লৌহুনা লৈবা মরমদগী মীনা কৃষ্ণ ঐবু অশেংবা শক্তম খঙদহুনা থৌওইদবনি হায়না পাউখুম পীরি—

অবজানন্তি মাং মূঢ়া মানুষীং তনুমাশ্রিতম।
পরং ভাবমজানন্তো মম ভূতমহেশ্বরম্‌॥ ১১॥

অন্বয় ব্যাখ্যা :—মূঢ়া'=রাখল লৈতাদবা অপঙবা মীনা মম=সাক্ষাৎ পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐগী পরং ভাবং=খ্বায়দগী অথোইবা তত্ত্ব অমুবু অজানন্ত=খঙদবা মরমদগী মানুষী তনু=মীওইবগী হকচাংবু, আশ্রিতং=লৌহুনা লৈবা মাং ভূত মহেশ্বরং=থৱায়পানবা পুম্নমক্কী খ্বায়দগী অথোইব মপু কৃষ্ণ ঐবু, অবজানন্তি=উপাঁৎ থৌওইদে॥ ১১॥

অপুনবা অর্থ :— রাখল লৈতাদবা অপঙবা মীনা কৃষ্ণ ঐগী অথুপ্পা তত্ত্ব খঙদবা মরমদগী মীওইবগী হকচাং লৌহুনা লৈবা জীব পুম্নমক্কী মপু ওইবা কৃষ্ণ ঐবু উপাঁৎ থৌওইদে। ১১।

অথুপ্পা ঋা

মায়ানা মরম ওইহুনা শ্রীভগবান্না মীওইবগী হকচাং লৌবগুম তৌহুনা লৈবসি সুপ্না অফবা ভক্ত ওইবা মীশিংবু ঙাকপি শববিগে অমসুং কত্তবা মীশিংবু লাকশিনগে হায়বগীদমক্তনি। মাগী অশেংবা শক্তমদি মকম অমসুং মতম পুম্নমক্তা শীনখুংবা লৈহুনা থৱায়পানবা পুম্নমক্কী থম্মোয়দা থুম্মুংবা লৈবা পরমেশ্বরনি অমসুং মহাক খ্বায়দগী অথোইবা তত্ত্বনি। নরম আসনা শ্রুতিনা অমুম্না হায়রি— "সা কাষ্ঠা সা পরাগতি." (কঠ উ ১।৩।১১)—"মহাক খ্বায়দগী অয়োইবা ওমথৈনি অমসুং খ্বায়দগী অথোইবা য়ৌরকম্নি।" অমুবু মাগী মায়ানা শাবা মীওইবগী হকচাংগুম্না হকচাং অমুবু উৱ থঙলগা অন্ত করণ শেংদবা পাপী ওইবা মীনা কন্নকুনা মাম্না উপাঁৎ থৌওইদনা তৌই। মসিগী খুদম ওইনা হায়বা তারবদি শিশুপাল, জরাসন্ধ চিংবা পুম্নমকসি শ্রীভগবানবু মাম্না উপাঁৎ থৌওইদনা তৌবা ঙাক্তনি॥ ১১॥

শ্রীভগবানন্ বু খঙদবনগী উদীং-থোওইদনা অমস্তুং খাঙদনা নৈবা মীশিং, অদুগী মরমচং করম তৌই হায়বদু অস্নুনা তাক্লি—

মোঘাশা মোঘকর্ম্মাণো মোঘজ্ঞানা বিচেতসঃ।
রাক্ষসীমাসুরীং চৈব প্রকৃতিং মোহিনীং শ্রিতাঃ ॥ ১২॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা**ঃ—মোঘাশা = অরেম্বা মীংচুনা নৈবা মোঘ-কর্ম্মাণ = কারদবা অরেম্বা থবক্ তৌবা, মোঘজ্ঞানা = ফত্তবা অরেম্বা জ্ঞান নৈবা মরম অসিনা বিচেতস = পুক্নী য়াম্না শেংদবা মীশি না রাক্ষসীং = রাক্ষস ( হিংচা বাইতম্বা ) শি না চংকদবা তমোগুণনা মপু ওইবা চ = অমসুং আসুরীং = অসুরশিংনা চংকদবা রজোগুণন মপু ওইব মরম অসিদগী— মোহিনী = তমহংনবগী মশক ওইবা প্রকৃতিং এব = স্বভাব ওইবা লমচংমক্তুদ্, শ্রিতাঃ = চত্তুনা লৈ। ১২।

**অপ্নবা অর্থ**ঃ—অরেম্বা মীংবা অরেম্বা থবক্ তৌবা অরেম্বা ফত্তবা জ্ঞান তৌবা অমসুং পুক্নীং শেংদবা মীশি না তমোগুণনা মপু কারবা অমসুং রজোগুণনসু মপুং কারবা মরম অসিদগী তমহংনবগী মশক ওইবা লমচংমক্তুদু হৌনবা ওইনা চত্তুনা লৈ॥ ১২।

### অথুপ্পা বা

অচং চম্ জগৎপুম্বসি শেম্বী-শাবীদুনা অমসু ঙাক্নুনা লৈরিবা পরমেশ্বরবু থাজদদুনা উদীং থোংইদনা তৌরগা জগৎপুম্বসি হৌরবা ওইনা প্রকৃতিদগী ওইরকপনি অমসু, পোকপা মাঙবা নাইবসি মাগী স্বভাবনি মসিবু শ নবা অমসু, ঠাকুর নচিংনা ঈশ্বর অমা নৈ হায়না য়াবসি করিমত্ত কারকম নৈতে অদুগা চেতনগুণ নৈবা চকচা, অসিমক্ত আরানি মসি নত্তবা স্বর্গ, নরক-নচি বদা চংকদোবা অত্তোপ্পা আত্মা নৈতে অসিমচিংবা থন্দুনা নৈবা মীশি না, হৌজিক হৌজিকীদা য়েংচনা য়াম্না চাউরবা অরেম্বা আশা তৌদুনা লৈ অদুগা মতুংদমক অরেম্বা থবক তৌদুনা পুন্সি লেপ্পী, মথোয়না শিরবা মতুংগী পরলোক য়েংদুনা করিগুম্বা থবক অমত্ত তৌদে। মরম অসিনা মথোয়না থম্লিবা জ্ঞান অদুসু অরেম্বদা চাই। মসিদ নত্তনা মথোয় য়াম্না মু শিংইহন্ধবা ওইনা অতোপ্পশিংবু অরাবা পীরগা মশাগীদমক মু ঙাইবা তোংনদুনা সংসারগী ভোগ-বিলাসতা (অকেঙ্গমো ভৌবদা) লুপ্তুনা লৈ মথোয়গী মতোংগুম্বা অত্তোপ্পসু অরাবা নৈতনা মুংচাইনা নৈবীংবা ঙাক্তনি হায়বসিবু মথোয়না কৈদৌঙৈদসু থন্দে। মতৌ অসুম্না মথোয় রাক্ষসকী ( য়াম্না মুংশিংহৈন্তবা অমসুং থোজাল হৈতবা হিংচাবগী ) অমসুং অসুরগী ( বিষয়ভোগতা হেন্না লুপশিন্দুনা নৈবা মুংশিংহৈতবা মীওইশিংগী ) লমচং চত্তুনা লৈরগা মৈথংদা নরকতা তাদুনা অরামক ফংদুনা লৈ। মসিগুম্বা মীশিংবা মশামকপু হকচাংদগী অত্তোপ্পা অমনি হায়বসি খঙবা ঙমদবদগী শিরবা তুংদা কয়রম্বা লোক কংই হায়বদুবু শ্রীভগবানা অস্নুনা তাক্লি—

অসূর্যা নাম তে লোকা অন্ধেন তমসাবৃতাঃ।
তাংস্তে প্রেত্যাঽভিগচ্ছন্তি যে কে চাত্মহনো জনাঃ॥
(শুক্ল যজু ৪০।৩)

"অসূর্যা হায়বা কৌবা অসুর-শিংগা মরী লৈনবা অমমূং, অজ্ঞানগী মশক ওইবা অমম্বা মতম পূম্নমক্তা কুপ্তুনা লৈবা লোক কয়ামুক লৈ। অসিগুম্বা লোকশিং অসিদা করাম্ব ওইসম্ব মশাগী মশক খঙদবদগী মশাবু হাংপগা চপ মান্নবা লৈবা মীশিংবা শিরবা তুংদা চংলী।"

কঠোপনিষত্তম্ব যমরাজনা নচিকেতাবু অস্মুম্না হায়—

ন সাং পরাংঃ প্রতিভাতি বালং
প্রমাদ্যন্তং বিত্তমোহেন মূঢ়ম্।
অয়ং লোকো নাস্তি পর ইতি মানী
পুন পুনর্বশমাপদ্যতে মে॥ (কঠ ১।২।৬)

"লল থুব রায়া পামম্বা মম্বা শুমহন্নুনা লৈবা অমমূং বিষয় ভোগতা মু চাওবত্তম পুক্নীং চঙহুনা লৈবা অপংবা মীশিংগী মকমদা পরলোকদা মরী লৈনবা আত্মা অসি কোঙদোক্তে। মতৌ অস্মুম্না হৌজিক ঐখোয়না লৈরিবা লোক অসিদনি, পরলোক লৈতে হায়না খারিবা মীশিং অম্ব যম ঐগী ইকমদা হন্না হন্না লাক্নুনা লৈ।" ॥ ১২।

অকনা মীশিংনা করি তৌহুনা লৈবগে হায়বম্ব হৌজিক অস্মুম্না তাক্লি—

মহাত্মনস্তু মাং পার্থ দৈবীং প্রকৃতি মাশ্রিতাঃ।
ভজন্ত্যনন্য মনসো জ্ঞাত্বা ভূতাদিমব্যয়ম্॥ ১৩।

অন্বয় ব্যাখ্যা — পার্থ=পৃথা (কুন্তী) গী মচা হে অর্জুন। দৈবীং প্রকৃতিং=দেবতাশিংদা হৌনশা ওইবা লৈবা সাত্ত্বিক ওইবা অকনা লমচংপু আশ্রিতা"—চত্তুনা লৈবা, মহাত্মন তু—পুকচেল চাউবা অকনা মীশিংনদি অনন্য মনস—অতোপ্পদা পুক্নীং থমদনা (পুক্নীং অনী লোঙদনা) মাং=সাক্ষাৎ পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐমক্তবু, ভূতাদি=অচ চত্ত জগৎপুম্বগী অহানবা মরম্লি, অব্যয়ং—অমাঙ-অতা লৈতবনি, জ্ঞাত্বা=খঙহুনা ভজন্তি—সেবা তৌই।১৩।

অপুনবা অর্থঃ—পৃথাগী মচা হে অর্জুন! দেবতাশিংদা হৌনশা ওইবা লৈবা অকনা লমচংপু চত্তুনা লৈবা পুকচেল চাউবা মীশিংনদি পুক্নী অমী লোঙদনা কৃষ্ণ ঐমক্তবু তাইবংগী অহানবা মরম্লি, অমাঙ-অতা লৈতবনি খঙহুনা কৃষ্ণ ঐগী সেবা তৌই।১৩।

অখুম্না বা

হৌখিবা মপোক কয়ামুক্ত ঈশ্বরগী আরাধনা তৌহুনা লৈরক্লা হায়মদগী মপোক অসিদা পুক্নীং শেংবা পোকপা মরম্না শম দম-নচিংবা সাধনশিংবু তৌহুনা লৈরা মীশিং অহুত্তনা ঈশ্বরবু নীংহুনা অমমূং ইবুংঙো মহাক্তবু জগৎকী শেবী-শাবীবা মপুনি, মীয়াম মঙবা অতোপ্পা করামত্তা

মংম্রাবসিনা লৈবে, মহাত্মাশিংগী মতমদা ইবুংঙো মঙোন্দা য়োইকম্বক ফিরফিগদবা ঙাক্তবি। মরম অসিনা মাহাক্কা অরোয়বা ফোংদবসিনা থায়দগী মপোক্লবা ইবোইমি কেপ্তুনা মতম পুম্নমক্তা থবক্তৌবা লৈহনবা ইবুংঙো মাগী পেন্না সেবা তৌহনবা লৈ। মহাক্কী পুক্নীং শেংদোক্লুনা মখোয়না ইবুংঙো মাগী মপেক্লো শকলম অদুবু মীংথিন্না থংবা ঙমই। শ্রুতিশাস্ত্র মতিন্নু অমম্না হায়ি—

জ্ঞান প্রসাদেন বিশুদ্ধসত্ত্বঃ।
ততস্তু তং পশ্যতে নিষ্কলং ধ্যায়মানঃ॥

(মুঃ উঃ ৩।১।৮)

"পরমাত্মাগী উপাসনা নচিংবা তৌহনা লৈবা মমমদগী পুক্নীং শেংদোকখ্রবা মীনা ধ্যান তৌরগা, মচেৎ-মকায় ডাব্রবা পরমাত্মাগী শকলম অদুবু শংশঙনা উই।"

মরম অসিনা পুকচেল চাউবা মী দনা ইবুংঙো মাদবু মীংজহনা মাবু ফংবা ঙমই হায়বসিবু শ্রীভগবান্না তাক্লিবনি। ১৩।

অসিগুম্না পুকচেল চাউবা মীশিংনা ইবুংঙো মাবু করম তৌনা মীংজহনা সেবা তৌই হায়বসিবু হৌজিক শ্রীভগবান্না অসুম্না তাক্লি—

সততং কীর্ত্তয়ন্তো মাং যতন্তশ্চ দৃঢ়ব্রতাঃ।
নমস্যন্তশ্চ মাং ভক্ত্যা নিত্যযুক্তা উপাসতে॥ ১৪॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — সততং=মতম লৈবা থিবিক্ত নিয়ম কায়দনা মাং=সাক্ষাৎ পরব্রহ্ম কৃষ্ণ ঐমক্তবু, কীর্ত্তয়ন্ত=পুকচেল চাউবা মীশি অহনা শকচ-শোঙ্গহনা চ=অদুগা যতন্ত=পূজা পাঠ নচিংবা চেকশিন্না তৌহনা কৃষ্ণ ঐমক্তবু মী নবা হোংবজহনা দৃঢ়ব্রতা=ইন্দ্রিয় সংযম, ব্রহ্মচর্য্য ঙাকপ নচিংবা ব্রতশিংবু কায়দনবা কন্না ঙাকচহনা, মা নমস্যন্ত=কৃষ্ণ ঐমক্তবু খুরমজহনা, চ=অমসুং, ভক্ত্যা=ভক্তিগা লোয়ননা, নিত্যযুক্তা=মতম পুম্নমক্তা কৃষ্ণ ঐঙোন্দা পুক্নীং থিংজিন্নুনা, উপাসতে=উপাসনা তৌই (কৃষ্ণ-ঐগী ইকাক থৌনবা হোৎনৈ।)॥ ৪॥

অপুনবা অর্থ।— মতম লৈবা থিথিক্না কৃষ্ণ ঐমক্তবু শকচ শোঙ্গহনা অদুগা পূজা পাঠ নচিংবা চেকশিন্না তৌজহনা ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশিনবা, ব্রহ্মচর্য্য ঙাকপ-নচিংবা ব্রতশিংবু কন্না ঙাকচহনা অমসুং কৃষ্ণ ঐমক্তবু খুরমজহনা ভক্তিগা লোয়ননা মতম পুম্বদা কৃষ্ণ ঐঙোন্দা পুক্নীং থিংজিন্নবা লৈবা পুকচেল চাউবা মীশিংনা (কৃষ্ণ ঐবু) উপাসনা তৌজনা লৈ॥ ১৪॥

অধুপ্পা ৱা

উপাসনাগী অর্থ শ্রীভগবানগী নাক থৌনবা মখল ময়া অমম্বা ভক্তিগী মপক ওইবা উপায় শিংবু তৌরবনি। মসি মফম ওইনা মানসিক বাচিক অমসুং কায়িক অহুম থোক্না থায়রি। মানসিক উপাসনাদি শ্রীভগবানগী পুক্নীং হুনবগী মপক ওইনা মীংথিন্না মূর্ত্তি অদুবু পুক্নীংনা থম্নহনা

অতোপ্পা বাখল অমত্ত তৌদনা মাবু মী৲শিং৲হুনা লৈবনি। মসি খায়দগী অথোইবা ধ্যানগী মশক ওইবা উপায়নি। মরম অসিনা পুক্নী৲ অনী লোঙদনা মসিবু তৌবা ঙম্বা মতম চঙনা হোৎনগদবনি। অদুগা চীন্না ইবুংঙো মাগী মিং৲ মরাম গুণশিং অমসুং৲ মন্ত্রশিংবু ভত্তবা শকচ-শোজহুনা লৈবসি বাচিক উপাসনানি। লাইশং (মন্দির) দা চৎপা লাই খুম্বা দর্শন তৌবা, মন্দির পরিক্রমা তৌবা অসিনচিংবা পুম্নমক অসিদি কায়িক উপাসনাগী মমুং চনবা ঙাক্তনি। হকচাং৲না ওম্মথৈ হোৎনহুনা ইবু ঙো মাগী সেবা তৌজবসি কায়িক উপাসনানি। মথৌ অসুম্না হায়রিবা মখল অহুমগী উপাসনা অসিবু পুকচেল চাউবা মীশিং৲না মতম লৈবা খিবিক্তা শ্রীভগবানগী মকমদা তৌহুনা লৈ অমসুং মসিনা মরম ওইহুনা শ্রীভগবানগী অশেংবা শকতম থঙবগী মশক ওইবা জ্ঞান ক হুনা সংসার অসিদগী য়াম্না লায়না অয়ান খুবম ফংহুনা মতম পুম্নমক্তা ইবুংঙো মঙোন্দা তিনহুনা লৈ। মরম অসিনা শৌনক-মচিং৲না মহর্ষিশিং৲গী মকমদা সূতনা অসুম্না হায়রি—

> বাসুদেব ভগবতি ভক্তিযোগঃ প্রযোজিত।
> জনয়ত্যাশু বৈবাগ্যং জ্ঞানঞ্চ যদহৈতুকম॥ (ভাগ ১।৩।৭)

"শ্রীভগবান বাসুদেবদা তৌরিবা ভক্তিযোগসিনা য়াম্না থুনমক সংসারগী মরম ওইদবা (মোক্ষগী মরম ওইবা) বৈরাগ্য (অপাম-মিহো থাদোকপা) অমসুং৲ জ্ঞানবু পোকহল্লী।"

মরম অসিনা মশা-মশাগী য়াইকবা পাম্বা মীশিং৲না অতনবা অমসুং৲ লায়থোকপা থাদোক্তুনা ঙম্বা মথৈ শ্রীভগবানগী গুণ-কীর্ত্তন মচিংবা তৌহুনা লৈগদবনি। মহুতদা মীওইনা পোক্তুনা লৈবা পুন্সি অসি মহৈ য়ানগনি। অরেম্বদা মতম মাঙহল্লোইদবনি হায়বসিবু শ্রীভগবান বরাহদেবনা ঋভু কৌবা মহর্ষিগী মকমদা অসুম্না ত ক্লি—

> মচ্চিন্তনং মৎকথন মন্যোন্যং মৎপ্রভাষণম্।
> মদেক বমো ভূত্বা কালং নয় মহামতে॥ (বরাহ উ° ২।৪৬)

"পুকচেল চাউবা হে ঋভু! ভগবান ঐবু নীংজহুনা, ভগবান ঐগী মরমদা হায়হুনা অমসুং৲ অমনা অমগী মকমদা ভগবান এমক্তগী বারী বাতায় শাহুনা অদুগা ভগবান ঐমক্তবু খায়দগী অথোইবনি হায়বসি পুক্নীংদা লেপ্তনা মতম লেম্নবা হোৎনৌ"॥১৪॥

মতৌ অসুম্না উপাসনা তৌবগী অচম্বা মওঙ হায়রগা হৌজিক মথগী মখলশিং হায়হুনা মথা তাক্লি—

> জ্ঞানযজ্ঞেন চাপ্যন্যে যজন্তো মামুপাসতে।
> একত্বেন পৃথক্ত্বেন বহুধা বিশ্বতোমুখম্॥ ১৫॥

অন্বয় ব্যাখ্যা :— অপি চ—অদুগা মসিদা বক্তনা, অন্যে—অতোপ্পাশংদি, জ্ঞানযজ্ঞেন—পুম্নমক অসি বাসুদেবমক্তি হায়বা অসিগুম্বা জ্ঞানগী মশক ওইবা যজনা, যজন্তঃ—পূজা মচিংবা তৌহুনা, মাং উপাসতে—কৃষ্ণ ঐগী উপাসনা তৌই, মথন্নহ কনা অমনা—একত্বেন—ঐ বাসুদেবকী—

( বাস্থদেবোহহং ), ঐ ব্রহ্মনি— ( অহং ব্রহ্মাস্মি ) অস্থম্না অমত্ত ওইবগী ভাবনা তৌহনা উপাসনা তৌই, অহুগা অতোপ্পা কনাত্তম্বনদি—পৃথক্ত্বেন=বাস্থদেব অতোপ্পগী মশক ওইনা লৈবা মপুন্নি অহুগা উপাসক মশামক্তি মীনাইনি খল্লুনা উপাসনা তৌই মতৌ অস্থম্না - বহুধা=মখল মখা য়াম্না, বিশ্বতোমুখং—পুম্নমক্কী মশক মওঙ লৌ'হনা লৈন্নিবা কৃষ্ণ ঐগী, উপাসতে=উপাসনা তৌই । ১৫ ।

অপুনবা অর্থ :— অহুগা অতোপ্পশিংদি পুম্নমকসি বাস্থদেবমক্কী" অসিগুম্বা জ্ঞানগী মশক ওইবা যজ্ঞনা পুজা-নচিংবা তৌহনা কৃষ্ণ ঐগী উপাসনা তৌই মহদস্থ কনা অমনা "ঐ বাস্থদেবমক্কি" অস্থম্না অমত্ত ওইবগী ভাবনা তৌহনা উপাসনা তৌই অতে প্পা কনাগুম্বনদি বাস্থদেবনা মপুন্নি অহুগা মশানা মীনাইনি খল্লুনা অতোপ্পা ওইনা উপাসনা তৌই । মতৌ অস্থম্না মখল মখা য়াম্না পুম্নমক্কী মওঙ লৌ হনা লৈন্নিবা কৃষ্ণ ঐগী উপাসনা তৌই । ১৫ ।

অথুম্বা বা

শ্রীভগবানগী উপাসনা তৌহনা লৈবা ভক্তশিং য়াম্না মতীকচাবা ময়ায় ওইনা মতীকচাবা অমস্থ অতোনবা ( খ্বায়দগী হনথবা ) খেন্নবদগী অহুম খোক্পা খায়ন্নি । মহদা লেঙলি পাল্লিবা পুম্নমক অসি ভগবান বাস্থদেবমক্কি মঙোন্দগী অতোপ্পা পোং অমত্ত লৈতে উপাসক মশামক শ্রীভগবান বাস্থদেবমক্কি মঙোন্দগী অতোপ্পা নত্তে খঙবা উপাসক খ্বায়দগী হেন্না মতীক চাবা ভক্তনি । মন্নমদি অজ্ঞাননা ( খঙদবনা ) মন্নম ওইহনা অন্তকরণ উপাধি লৈবা মন্নমদগী ইবু ঙো মঙোন্দগী তোপ্পা উবগুম তৌবনি উপাধি লৈতবা অংশংবা মশক্তদি খন্নায়পাননা পুম্নমক বাস্থদেবমক্কি। মহাকাশ ( ঙমখৈ লৈতনা পাক-চাউঁবা অতিয়া ) অমত্ত ওইরবনু চকু, উয়াল, য়ুম্নচিংবা উপাধিশিংনা মন্নম ওইহনা মখোয়-মখোয়গা চঞ্চহনা লৈবা আকাশ পীক্পা অমদি ময়াম ওইনা উবগী মতৌগুম্না অন্ত-করণ উপাধিশিংনা মন্নম ওইহনা জীব চৈতন্যশি অসিস্থ পীক্পা অমদি ময়াম ওইনা উবদনি, অহুগা চকু, উয়াল, য়ুম্নচিংবা উপাধিশিং লৈত্রবদি পীক্পা অমদি ময়াম ওইনা উন্নম্বা আকাশশিং ( অহাঙবশি ) অহু অমত্ত ওইবা মহাকাশ ওইনা লৈ । মতৌ অহুম্না অন্ত করণশিং ওইবা উপাধিশিং লৈত্রবদি পীক্পা অমস্থ, ময়াম ওইনা উন্নম খঙলম্বা জীব চৈতন্যশিং অহু বাস্থদেবগী মশক মহান্ চৈতন্যগী মওঙ ওইনা অমত্ত ওইহনা লৈ। মসিবু শ্রুতিনস্থ অস্থম্না হায়ন্নি—

ন নিজং নিজবত্তাত্যন্তঃকরণ বিজৃম্ভনাৎ।
অন্তঃকরণনাশেন সংবিন্মাত্রস্থিতো- হরিঃ । ( স্ক উ ২ )

"অন্তঃকরণ ( মন ) শব্দোক্তনা লৈবা মন্নমদগী মশাগী মওঙ নত্তবা অহুবু মশাগী মওঙগুম্না উহনা লৈ। অন্তঃকরণ মাঙপ্রবা মতুংদদি মহান্ চৈতন্যগী শক্তম ওইবা শ্রীহরিগী মশক ওইনা লৈ।"

াইশিংবুস্থ মখোয়গী মী'লিবা লাই অহুমক্তি খন্নুবা মিন্দা নচিংবা তৌগ্রবদি মতুদা করম্বা মহৈ ংবগে হায়বহ অন্নুম্না তাক্লি—

"হরং হরিং বিধাতারং য. পশ্যত্যেকরূপিণম্।
স যাতি পরমানন্দং শাস্ত্রাণামেবং নিশ্চয় ॥
(নারদ পু ৬।৪৯)

"হর (শিব), হরি অমস্থং ব্রহ্মাবু মশক মওঙ অমত্তদা য়েংহুনা খেন্নবা নৈতনা উপাসনা চৌবা মীনা মোক্ষগী মশক ওইবা খ্বায়দগী অথোইবা নুংঙাইবা ফংই হায়বসি শাস্ত্রশিংগী শোয়দনা পপ্লবা বাখি।"

অহুবু অহুমত্তবদা নৈবা খ্বায়দগী অতোনবা উপাসকশিংবদি মসিবু খঙদবা মরমদগী ন্ত্রগা খঙলবস্থ থাজদবা মরমদগী মখোয়গী মী'ল্লিবা লাই অহুত্তবু অথোইবনি খন্নুনা অতোপ্পা াইশিংগী য়াম্না মিন্দা তৌহুনা নৈ। অসিগুম্বা উপাসকশিংগী মরমদস্থ শাস্ত্রনা অস্নুম্না হায়রি—

অবিদ্যা মোহিতাত্মানঃ পুরুষা ভিন্নদর্শিন ।
বদন্তি ভেদং পশ্যন্তি চাবযোবন্তরং হর ॥
(বিষ্ণু পু ৫/৩ /৪৯)

"বিষ্ণু ভগবাননা শিবজীগী মফমদা অস্নুম্না হায়— হে হর! অবিদ্যানা (অজ্ঞানগী মশক াইবা খঙদবনা) পুরুষ্টং তুমহন্তুনা নৈবা মরমদগী খেন্নবা নৈবা মীশিংনা ঐখোয় অনীবু (বিষ্ণু মস্থং শিববু) তোপ্পা তোপ্পা হায় অমস্থং খেন্নবা য়েংই।"

অসিগুম্বা উপাসকশিংনা মখোয়না তৌরিবা উপাসনা অহুগী করি মহৈ ফংবগে হ য়বহ অস্নুম্না ্যাক্লি—

যেহসমানং প্রপশ্যন্তি হরিং বৈ দেবতান্তরম্।
তে যান্তি নরকান্ ঘোরান্ন তাংস্তুগণযেন্দ্ববিঃ ॥
(পদ্ম পু ১।৫ ।২১)

"শ্রীভগবান হরি অমস্থং অতোপ্পা দেবতাশিংদা (লাইশিংদা) খেন্নবা য়েংবা মীশিং অহ য়াম্না তমথিরবা নরকশিংদা চংলী অহুগা শ্রীহরিনা মখোয়হুবু বৈষ্ণবশিংগী মনুংদা মপী চম্না লৌদে।"

বৈষ্ণবঃ পুরুষো ভূত্বা শঙ্করং লোকশঙ্করম্।
কর্ম্মভূম্যাং সমাগম্য ন পূজয়তি নারকঃ ॥
(ভবিষ্যৎ পু. ৪।১৯।৪৪)

"কর্ম্মভূমি ভারতবর্ষ অসিদা পোক্লগা বৈষ্ণব ওইবা মী অহুনা থবারপানবশিংবু য়াইফনা পীনহৈবা শঙ্করগী পূজা তৌরবাদ মহাক নরকতা তাগদনা মীনি।

মরম অসিনা লাইশিংগী অশেংবা জীবন তাক্লুনা শ্রীভগবাননা দক্ষপ্রজাপতিগী মফমদা অস্নুম্না হায়

অহং ব্রহ্মা চ শর্ব্বশ্চ জগতঃ কারণং পরম্‌ ।
আত্মেশ্বর উপদ্রষ্টা স্বয়ং দৃগবিশেষণঃ ॥
আত্মমায়াং সমাবিশ্য সোঽহং গুণময়ীং দ্বিজ ।
সৃজন্‌ রক্ষন্‌ হরন্‌ বিশ্বং দধ্রে সংজ্ঞাং ক্রিয়োচিতাম্‌ ॥
তস্মিন্‌ ব্রহ্মণ্যদ্বিতীয়ে কেবলে পরমাত্মনি ।
ব্রহ্মরুদ্রৌ চ ভূতানি ভেদেনাঽজ্ঞোঽনুপশ্যতি ॥

(ভা ৪।৭।৫ ৫২)

" ঐ ( শ্রীভগবান বিষ্ণু ) ব্রহ্মা অমসু, শিব অহুমসি জগৎ অসিগী মকোক ওইবা অথোইবা কারণনি ( মরমনি )। করিমত্ত খেন্নবা লৈতবা পুন্নমকী আত্মা ঈশ্বর, অন্তর্যামী ওইদুনা ঐ ইশা ইত্তোমদা চান্নুবা লৈরিবনি। হে দ্বিজ। ( হে দক্ষপ্রজাপতি। ) সত্ত্ব রজ তম কৌবা গুণ অহুমগী মশক ওইবী অমসু ভগবান ঐ চোন্দা চংজদুনা লৈবী মায়াগী মতুংদগী ঐনা তাইবং ( জগৎ ) অসিবু শেমদুনা চান্নুনা অমসুং মাংহন্নুনা লৈবা মরমদগী থোক্লিবা থবকশিংদুগী মশা ইন্না মতীক চাবা মীংশিং বুস্থ লৌদুনা লৈরিবনি হায়বদি জগৎ শেম্বা মতমদা ব্রহ্মা চাক। মতমদা বিষ্ণু অমসু মাংহনবা মতমদা হর হায়না কৌঔনা লৈরিবনি। অদুবু জ্ঞান লৈতবা মীনা সৃপ্না অমত্ত ওইবা অমসুং অনীওবা লৈতবা পরমাত্মা ব্রহ্ম অদুদা ব্রহ্মা রুদ্র (শিব) অমসু অচৎ-চত্ত থবায়পানবা পুন্নমকপু অমবা অমদগী খেন্নবা য়েংই ( অশেংবম ত্ত ব্রহ্মদগী অতে ৫ অমা লৈতে সৃপ্না মায়ানা মরম ওইদুনা ময়াম ওইবা উবতনি ) ।"

কীত্তম অসিদা শ্রীমদ্ভাগবত-হচিংবা লাইরিকশিং অসিবু মকোক ওইবা প্রমাণগী মশক ওইন য়ারগা মায়াবাদ অমসু, অদ্বৈতবাদগী বিন্দা তৌদুনা লৈবা মীশিংগী মরমদা করি অমুক হায় গনি, বুদ্ধি ( বাখল ) লৈতাবা খন্নুবা য়েংবা মীশিংদনা মসিবু খংবা ঙমগনি ॥ ১৫ ॥

মথন মথা অয়াম্না মওং লৌদুবা তৌরিবা উপাসনা পুন্নমক শ্রীভগবানগী চাক্তনি তাকে হায়বগীদমক উরি থংলিবা অমসু, তৌরিবা পুন্নমকসি শ্রীভগবান মশামক্কি হায়বসিবু শ্লোক মরিনা অস্থুম্না মথং মথং তাক্লি—

অহং ক্রতুরহং যজ্ঞঃ স্বধাহমহমৌষধম্‌ ।
মন্ত্রোঽহমহমেবাজ্যমহমগ্নিরহং হুতম্‌ ॥ ১৬ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা'— অহ ক্রতু = বৃক ঐসে বেদনা তৌ হায়না তাকপা অগ্নিষ্টোম হচিংবা কর্ম্ম পুন্নমক্কি, অহং যজ্ঞ = স্মৃতি শাস্ত্রনা তাকপা বৈশ্বদেব হচিংবা মহাযজ্ঞ মখাদু বৃক ঐ।ন স্বধা অহং = পিতরশিংগীদমক (শিগ্রবা ইপা ইপু, ইচিন ইমাও হচিংবা পুন্নমকশিংদমক) স্বধা হায়দুনা পীরিবা পিণ্ড হচিংবা চিনাক অদুসু বৃক ঐনি, অহং ঔষধং = মীওইবশিংনা থবায়পামবশিংনা

চাহিবা চীঙ্গাক অহুস্নু কৃষ্ণ ঐনি (মক্রগা লায়রা কোক্রবা চাহিবা চীদাক অহুস্নু কৃষ্ণ ঐনি), মন্ত্র অহং=দেবতাশিংগীদমক হোম তৌবা মতমদা শোল্লিবা বেদমন্ত্রশিং অহুস্নু কৃষ্ণ ঐনি অহং এব আজ্যং=হোম তৌনবা (মৈদা কংনবা) ঘী মচিংবা পোং পুম্নমক অহুস্নু কৃষ্ণ ঐমক্নি অহং অগ্নি = হোম পীনবা (কংনবা) আহবনীয় কৌবা মৈ অহুস্নু কৃষ্ণ ঐনি অহং হুতম—অহুগা হোম পীবগী মশক ওইবা থবক অহুস্নু কৃষ্ণ ঐনি। ১৬।

অপুনবা অর্থ :— বেদগী অগ্নিষ্টোম মচি বা কর্ম্মশিং অহু কৃষ্ণ ঐনি স্মৃতি শাস্ত্রগী বৈশ্বদেব মচিংবা মহাযজ্ঞ মতাস্নু কৃষ্ণ ঐনি পিতরশিগীদমক স্বধা হায়দুনা পীরিবা পোং পুম্নমক অহুস্নু কৃষ্ণ ঐনি থরায়পানবা পুম্নমক্না চাহিবা চীঙ্গাক অহুস্নু কৃষ্ণ ঐনি দেবতাশিংগীদমক হোম তৌবা মতমদা শোল্লিবা মন্ত্রশি অহুস্নু কৃষ্ণ ঐনি হোম তৌনবা ঘী মচিংবা পোংশিংদুস্নু কৃষ্ণ ঐনি হোম পীনবা আহবনীয় কৌবা মৈ অহুস্নু কৃষ্ণ ঐনি অহুগা হোম পীবগী মশক ওইবা থবক অহুস্নু কৃষ্ণ ঐনি ॥ ১৬ ॥

পিতাহহমস্য জগতো মাতা ধাতা পিতামহঃ।
বেদ্যং পবিত্রমোঙ্কার ঋক্সাম যজুরেব চ ॥ ১৭ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা :— অস্য জগত =জগ অসিদা লৈবা থরায়পানবশিংগী অহ =কৃষ্ণ ঐ পিতা—পোকপিবা মপানি মাতা=অপোকপী মমানি ধাতা = কর্ম্মগী মহৈ পীদুনা য়োকপী থাকপিবা মপুনি, পিতামহ —মপা ওইবদ নত্তবা মপাগী মপা (মপুবোক) সুনি বেদ্য —খঙগদবা পরব্রহ্মস্নু কৃষ্ণ ঐমক্নি, পবিত্র=থম্মোয়বু শেংদনবা ভস্মা গঙ্গা গায়ত্রী মচি বস্নু ঐমক্নি, ওঁকার —পরমাত্মাবু ফংনবা উপায়গী মশক ওইবা ওঁকারস্নু ঐমক্নি ঋক্—শৈরেং ওইবা ইবা ঋগবেদস্নু ঐমক্নি সাম—ঈশৈ ওইনা শকপা য়াম্না ইবা শৈরে গী মওঙ সামবেদস্নু ঐমক্নি যজু এব—ময়েক মশীং কত্তুনা পরেং ওইনা ইবা যজুর্ব্বেদস্নু কৃষ্ণ ঐমক্নি চ—অহুগা অথর্ব্ব বেদস্নু কৃষ্ণ ঐমক্নি ॥ ১৭ ॥

অপুনবা অর্থ :— জগৎ অসিদা লৈরিবা থরায়পানবশিংগী কৃষ্ণ ঐস মপানি মমানি য়োকপী থাকপিবা মপুনি মপাগীস্নু মপানি (মপুবোক্নি) খঙগদবা ওইবা পরব্রহ্মস্নু কৃষ্ণ ঐমক্নি থম্মোয়বু শেংদনবা ভস্মা গঙ্গা মচি বস্নু ঐনি, ওকারস্নু ঐমক্নি অহুগা ঋগ বেদ সামবেদ যজুর্ব্বেদ অমসুং অথর্ব্ব বেদস্নু ঐমক্নি ॥ ১৭ ॥

গতির্ভর্ত্তা প্রভু সাক্ষী নিবাস শরণং সুহৃৎ।
প্রভবঃ প্রলয়ঃ স্থানং নিধানং বীজমব্যয়ম্ ॥ ১৮ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা :— গতি —চংগদবা কর্ম্মগী মহৈস্নু কৃষ্ণ ঐমক্নি, ভর্ত্তা—যুংঙাইবা পীনহৈবস্নু ঐনি, প্রভু—খ্বাইগী মপুস্নু ঐনি, সাক্ষী=থরায়পানবা পুম্নমকী অফ-ফত্ত য়েংবিবস্নু ঐনি, নিবাস

—থন্নায়পাম্বশিংগী অরা-মুংঙাই মহৈ চা-নবা লৈকমস্তু ঐনি, শরণং=অবাবা কোক্লবা চঙজফমস্তু ঐনি, সুহৃৎ—অপাম মিহৌ লৈতনা তেংবা বীবা মরূপস্তু ঐনি, প্রভব —জগৎ অসিগী থোরককম ওইবা মকমস্তু ঐনি, প্রলয় =হজিন নফম ওইবা মকমস্তু ঐসি স্থানং=তুংনফম ওইবা মকমস্তু ঐনি, নিধানং=কর্ম্মগী মহৈ খোমজিন্দুনা থম্নবা মকমস্তু ঐনি অব্যয়ং—অহুগা অমাঙ অতা লৈতবা বীজং=জগৎ (তাইবঙ) অসিবু পোক্লবা মরূস্তু কৃষ্ণ ঐমক্লি ॥ ১৮ ॥

অপুনবা অর্থ :— ফ গদবা কর্ম্মগী মহৈস্তু ঐনি, মুংঙাইবা পীবহৈবস্তু ঐনি, পূম্নমক্কী মপুস্তু ঐনি, পূম্নমক্কী অক ফত্ত য়েংশিনবীবস্তু ঐনি, অরা-মুংঙাই মহৈ চানবা লৈফমস্তু ঐনি, পোত্থাবনবা মকমস্তু ঐনি, অপাম মিহৌ লৈতনা তেংবা বীবা মরূপস্তু ঐনি, জগৎসিগী থোরককম অমস্তুং হজিন নফম ওইবা মকমস্তু ঐনি, তুংনকমস্তু ঐনি, কর্ম্মগী মহৈ খোমজিন্দুনা থম্নবা মফমস্তু ঐনি অহুগা জগৎসিবু পোক্লবা অমাঙ-অতা লৈতবা মরূস্তু কৃষ্ণ ঐমক্লি ॥ ১৮ ॥

তপাম্যহমহং বর্ষং নিগৃহ্ণাম্যুৎসৃজামি চ।
অমৃতঞ্চৈব মৃত্যুশ্চ সদসচ্চাহমর্জ্জুন ॥ ১৯ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — অর্জুন—হে অর্জ্জুন ! অহং=কৃষ্ণ ঐনা, তপামি= নুমি কী মশক ওইহনা জগৎসিবু মৈশা পী, অহং=ঐনা বর্ষং=নোং তাহন নবগীদমক ঈশিং, নিগৃহ্ণামি—পৃথিবীদগী মথক্তা চিংখংলী চ—অহুগা উৎসৃজামি—নোংজুথা লাক্লবদা চিংখত্নুনা থমশিন ঈশি তুবু নোং ওইনা চুহল্লী চ=অমস্তুং, অমৃতং এব—দেবতাশিংগীদমক ঐমক অমৃত ওই চ=অহুগা, মৃত্যু =পোকপা নাইবা জীবশিংগীদমক ঐনা মৃত্যু কৌবা অশিবগী লাই ওই সং—উরি থঙলিবা পোৎ মুমকসিস্তু ঐমক্লি অসৎ=মতৌ অস্নুম্না উদ থঙদবা পোৎ পূম্নমকস্তু কৃষ্ণ ঐমক্লি ॥ ১৯ ॥

অপুনবা অর্থ — হে অজ্জুন। ঐনা নুমিৎকী মশক ওইহনা জগসিবু মৈশা পী, নোং তাহন নবগীদমক মথকলোমদা ঈশিং চিংখংলী অহুগা নোংজুথাদা নোং ওইনা চহল্লী, দেবতাশিংগীদমক ঐমক্লা অমৃত ওই অহুগা পোকপা নাইবা জীবশিংগীদি অশিবগী লাই মৃত্যু ওই, উরি-থঙলিবা পোৎ পূম্নমকসিস্তু ঐমক্লি, মতৌ অস্নুম্না উদ থঙদবা পোৎ পূম্নমকস্তু কৃষ্ণ ঐমক্লি ॥ ১৯ ॥

## অথুপ্পা বা

মথক্কী শ্লোক মরি অসিদা শ্রীভগবান মশামক্লা তাইবঙপুম্বসিবু মশামক্লি ইবুঙো মঙোন্দগী অতোপ্পা পোৎ অমত্ত লৈতে হায়না তশেং তশেংনা তাক্লি। মসি শ্রীভগবানগী বিরাট ওইবা অশেংবা মওঙনি। মরম অসিনা লেঙলিপাল্লিবা পূম্নমক অসি শ্রীভগবানগী মশকুমক্লি লেপ্তুনা ইবুংঙো মাগী উপাসনা তৌগদবনি। তাইবঙসিগী অশেংবা মওঙ কয়িনো হায়বসিগী মরমদা ফিতার তৌহ্লা য়েংলবত্তু শ্রীভগবান নত্তনা অতোপ্পা পোৎ অমত্ত লৈতে হায়বসি থঙবা ঙমগনি, মরম অসিদগী উপনিষৎশিংনা অস্নুম্না হায়রি— "সর্ব্বং খল্বিদংব্রহ্ম" (ছাঃ উঃ ৩।৪।১)—

"উরিবা জগৎ পুম্বসি ব্রহ্মমক্নি।" "আত্মৈবেদং সর্ব্বম্" (ছা উ ৭।২৫।২)—"উরি খঙলিবা পুম্নমকসি আত্মামক্নি।" "ব্রহ্মৈবেদং সর্ব্বম্" (নৃ উ ৭)—"পুম্নমকসি ব্রহ্মমক্নি" ইদং সর্ব্বং যদয়মাত্মা" (বৃ উ ২।৪।৬)—"পুম্নমকসি আত্মা অসিনি।" মতৌ অসুম্না তাক্লিবা মন্ত্রশিং অসিদা ব্রহ্ম অমসুং জীবাত্মা অনীবু অমত্তুনি লৌহনবা পুম্নমকসিবু ব্রহ্মগী মশক ওইবা আত্মাসিনি হায়রি। মতৌ অসুম্না হায়রিবা আত্মাসিমক পরব্রহ্মগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণমক্নি মঙোন্দগী অতোপ্পা নত্তে হায়বসি লেপ্পা উম্মী। মরম অসিনা ইবুংঙো মহাকপু আত্মাসিমক্নি হায়না খঙ গদবনি। মসিবু ১৭ শুবা শ্লোকতা "বেদ্যং" হাইহসিনা ব্রহ্মদগী খেন্নদনা খঙগদবা আত্মাসি শ্রীকৃষ্ণ মশামক্নি হায়না তাক্লি। মরমদি ইবুংঙো মাবু আত্মাসিনি খঙলবতনা সংসারগী অরা অনা পুম্নমকসি থাদোক্লুনা লেঙদনা লৈবা অরান খুবম ফংগদবনি। মরম অসিনা উপনিষৎতা হায়রি—"তমেবৈকং জানথ আত্মানমন্যা বাচো বিমুঞ্চথাঽমৃতস্যৈষ সেতু" (মু উ ২/২/৫) "আত্মা অদু অমত্তবু খঙনবা তৌ অতোপ্পা রা পুম্নমক থাদোকউ আত্মাবু খঙবসি মোক্ষগী মশক ওইবা অমৃত ফংনবা থোঙনি।" মতৌ অসুম্না আত্মাবু খঙলবদি, খঙকম থোকপা অতোপ্প পোৎ অমত্ত লৈহৌদে হায়বসিবুসু অসুম্না তাক্লি—"আত্মনি খল্বরে দৃষ্টে শ্রুতে মতে বিজ্ঞাত ইদং সর্ব্বং বিদিতং ভবতি" (বৃ উ ৪।৫।৬)—"আত্মাবু মীংথিনা উরবদা তাববদা খল্লবদা অমসুং খঙলবদা লেঙলি পাল্লিবা তাইবংসিবু খঙই।" মরম অসিনা আত্মাসিমক ওইবা সাক্ষাৎ পরমেশ্বর ভগবান কৃষ্ণসি বেদ্য হায়বদি খঙগদবা ওইবনি। মতৌ অসুম্না ইবুংঙো মাবু খঙনবা উপায়গী মশক ওইবা ওঁকাৱসিসু মহাক্নি। ওকারগী মতেংদগী পরব্রহ্মগী মশক ওইবা ইবুংঙো মাবু ফংই হায়বসিবুসু শ্রুতিনা অসুম্না তাক্লি—"ওমিত্যেবং ধ্যায়থ আত্মানং স্বস্তি বঃ পারায় তমসঃ পরস্তাৎ" (মু উ ২।২।৬) ওঁকারগী মতেঙ লৌহনা আত্মাগী ধ্যান তৌ, অজ্ঞানগী মশক ওইবা অমম্বা লৈতবা অমসুং মশামক ঙাম্থোক্লুনা লৈবা পরব্রহ্মমক ওইবা আত্মাবু খঙনবা হোৎনবদা নখোয়গীদমক ওঁকার অসি য়েংথায় থিনগাইবা লৈতনা মতেং ওইসনু।" মরম অসিনা শ্লোক মরি অসিদা শ্রীভগবান্না মাগী অশেংবা মওঙ তাক্লুনা মাবুদা ফংনবা অমসুং খঙনবা হোৎনৌ হায়বনি। শ্রীভগবান্দগী অতোপ্পা অমত্ত লৈতে হায়বসিবু শ্রুতিদসু বিষ্ণুনা ব্রহ্মাগী মফমদা অসুম্না হায়রি—"মৎস্বরূপমেব সর্ব্বং মদ ব্যতিরিক্তমনুমাত্রং ন বিদ্যতে" (ত্রি উ ৮।১১) লেঙলি পাল্লিবা পুম্নমকসি বিষ্ণু ঐগী ইশকমক্নি ঐঙোন্দগী অতোপ্পা অমা খজিকং ফাওবা লৈতে ॥ ১৬-১৯ ॥

মতৌ অসুম্না শ্রীভগবানবু ফংনবগীদমক অপাম মিহৌ থাদোক্লুনা শ্রীভগবানগী পেন্নবা উপাসনা তৌরিবা মীশিংগী মরমদা হায়রগা হৌজিক শ্লোক অনীনা কর্ম্মগী অমসু উপাসনাগী মতেং পামহনা তৌরিবা মীশিংগী মরমমা অসুম্না হায়রি—

ত্রৈবিদ্যা মাং সোমপাঃ পূতপাপা।
যজ্ঞৈরিষ্ট্বা স্বর্গতিং প্রার্থয়ন্তে।
তে পুণ্যমাসাদ্য সুরেন্দ্রলোক
মশ্নন্তি দিব্যান্ দিবি দেবভোগান্ ॥২ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা :— ত্রৈবিদ্যা =ঋক, যজু অমসুং সামবেদ অহুম অসিবু তমদুনা যজ্ঞ তৌবা নীংথিনা খঙনবা মীশিংনা, যজ্ঞৈ — অগ্নিষ্টোম নচিংবা যজ্ঞ কয়ামুক মাং=ইন্দ্র, বসু, রুদ্রনচিংবগী মওঙ লৌদুনা লৈরিবা কৃষ্ণ ঐগী, ইষ্ট্বা—মখল মখা য়াম্ন' পূজা তৌরগা, সোমপা =যজ্ঞশিং অহুদগী লেমহৌবা সমরসবু থক্লুনা, পূতপাপা = স্বর্গ কংবদা খিংদুনা লৈরম্বা পাপ পুম্নমক কোকখিবা ওইদুনা, স্বর্গতিং—স্বর্গ চংননবা প্রার্থয়ন্তে=প্রার্থনা তৌই, তে=অসিগুম্বা মখোয়দুনা, পুণ্য = পুণ্যগী মশক ওইবা, সুরেন্দ্রলোকং=ইন্দ্রনা লৈবা লোক ( মফম ) অদুবু, আসাদ্য=ফংলগা, দিবি —স্বর্গ অদুদা, দিব্যান্=অমকপা লৈত্রবা দেবভোগান—দেবতাগী ভোগশিং, অশ্নন্তি—চাদুনা লৈ ॥ ২ ॥

অপুনবা অর্থ ।— ঋক নচিংবা বেদ অহুমবু তমদুনা যজ্ঞ তৌবা নীংথিনা খঙলবা মীশিংনা যজ্ঞ কয়ামুক, ইন্দ্র নচিংবগী মওঙ ওইনা লৈরিবা কৃষ্ণ ঐগী পূজা তৌরগা মহুদগী লেমহৌবা সোমরসপু থক্লগা পাপ পুম্নমক কোকখিবা ওইদুনা স্বর্গ ফংনবা প্রার্থনা তৌই। অসিগুম্বা মখোয় অদুনা পুণ্যগী মশক ওইবা ইন্দ্রলোক ফংলগা স্বর্গ অদুদা অমকপা লৈত্রবা দেবতাশিংগী ভোগশিংবু চাদুনা লৈ ॥ ২০ ॥

তে তং ভুক্ত্বা স্বর্গলোকং বিশালং
ক্ষীণে পুণ্যে মর্ত্ত্যলোকং বিশন্তি।
এবং ত্রয়ীধর্ম্মমনুপ্রপন্না
গতাগতং কামকামা লভন্তে ॥ ২১ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ।— তে—মতৌ অসুম্না স্বর্গগী ভোগ পাম্বা মখোয়শিং অদুনা, বিশালং— য়াম্না পাক চাউরবা, তং স্বর্গলোকং—স্বর্গলোকী ভোগশিংদুবু, ভুক্ত্বা=চারগা, ক্ষীণে পুণ্যে— ভোগশিংদুবু প্নীন নবা পুণ্য মাঙখ্রবদা ( লোইখ্রবদা ), মর্ত্ত্যলোকং—পোকপা শিবা নাইবা পৃথিবী লোকসিদা, বিশন্তি—অমুক হন্না লাকই এবং—মতৌ অসুম্না, ত্রয়ীধর্ম্ম=বেদ অহুমনা তাকপা যজ্ঞ নচিংবা তৌবগী মশক ওইবা ধর্ম্মবু, অনুপ্রপন্না —অমুক হন্না কংলবা, কামকামা — স্বগ -নচিংব, বিষয়ভোগশিংবু পাম্নবা মীশি দুনা, গতাগতং—চংথোক চংশিন ( হংগৎ হনদা চংপা ) তৌবগী মশক ওইবা পোক্ল-শিরা তৌবসিবু, লভন্তে=ফংদুনা লৈ ॥ ২১ ॥

অপুনবা অর্থ :— মতৌ অসুম্না স্বর্গগী ভোগ পাম্বা মখোয়শিং অদুনা পাক-চাউরবা স্বগ গী ভোগশিংদুবু চারগা মহু কংনবা পুণ্য মাঙখ্রবদা ( লোইখ্রবদা ), পোকপা-শিরা নাইবা পৃথিবীলোক

অসিদা অমুক হন্না লাকই। মহুদগী বেদ অহমনা তাকপা ধর্ম্মবু অমুক হন্না ফলবা অমস্তু বিষয় ভোগপু পাম্নবা মীশিংহুনা হঙ্গং হন্দা চংপগী মশক ওইবা অপোক অশি তৌববু ফংই। ২১।

অথুম্না বা

মহৈ পামহুনা যজ্ঞ তৌবশিংনা সাক্ষাৎ পরমেশ্বর ওইবা ভগবান কৃষ্ণগী মশকপু খংদে। মখোয়না যজ্ঞশিং তৌহুনা পূজা তৌরিবহুদি ইন্দ্র, বসু, রুদ্র অচিংবা অতোপ অতোপ্পা দেবতা শিংগীদমকনি। মরমদি বেদদা পরমেশ্বর ওইবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা করিমত্তা হায়দে ইন্দ্র অচিংবা দেবতাশিংবু লৌহুনা হায়বা মন্ত্র ডাক্তনি। অহুবু শ্রীভগবান্না মফম অসিদা "মাং যজ্ঞৈরিষ্ট্বা"— "যজ্ঞশিংনা কৃষ্ণ ঐগী পূজা তৌই" হায়বগী মরমদি অসিনি— অশেংবমক্তি শ্রীভগবান নত্তনা অতোপ্পা দেবতা অচিংবা পোৎ অমত্ত লৈতে, ইন্দ্র অচিংবা দেবতা পুম্নমকসি ইবুংঙো মাগী অতোপ অতোপ্পা মওঙ মশক ডাক্তনি। অহুম্নদি ওইরবদা মহৈ পামহুনা যজ্ঞ তৌবা মীশিংনা মহুবু করিমত্ত খঙদে। শ্রীভগবান্নদি মফম অসিদা অশেংবা (অচুম্বা) বা লৌহুনা হায়রবনি। শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণদদি অসুম্না হায়রি— "ইষ্ট্বেহ দেবতা যজ্ঞৈঃ স্বর্লোকং যাতি যাজ্ঞিকঃ।" (ভা ১১।১০।২৩)— "পৃথিবী অসিদা যজ্ঞশিং তৌহুনা দেবতাশিংগী পূজা তৌরগা পূজা তৌবা মীনা স্বর্গলোকতা চংলী।"

অহুগা মখোয়না স্বর্গগী ভোগ চাবা লোইরবা মতুংদা অমুক হল্লকই হায়বসিবু শ্রুতিনসু অসুম্না হায়রি— "নাকস্য পৃষ্ঠে তে সুকৃতেঽনুভূত্বেমং লোকং হীনতরং বা বিশন্তি" (মু উ ১।২।১)— "মহৈ পামহুনা কর্ম্ম তৌবা মীশিং অহুনা স্বর্গগী মথক্তা মখোয়না তৌবা পুণ্যগী মহৈ চাবা লোইরগা অমুক হন্না মীওইবগী হকচাং নত্রগা মসিদগী হেন্না তোনবা হকচাং ফংই ॥ ২০—২১ ॥

মতৌ অসুম্না শ্লোক অনীবা অজ্ঞানী ওইহুনা কর্ম্মগী মহৈ পাম্বা মীশিংনা হঙ্গং হন্দা চংপগী মশক ওইবা পোকপা শিবা অনীসিবু ফংই হায়রগা হৌজিক জ্ঞানী ওইহুনা ইবুংঙো মাবু তত্তনা মীংহুনা লৈবা মীশিংগী মরমদা অসুম্না হায়রি—

অনন্যাশ্চিন্তয়ন্তো মাং যে জনাঃ পর্য্যুপাসতে।
তেষাংনিত্যাভিযুক্তানাং যোগক্ষেমং বহাম্যহম্ ॥ ২২ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা:—** অনন্যা =পরমেশ্বর শ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙো মঙোন্দগী অতোপ্পা অমা লৈতে হায়বসিবু নীংথিনা খঙলবা, যে জনা =জ্ঞানী ওইবা মীশিং অহুনা, মাং—মখোয়গী আত্মা ওইহুনা লৈরিবা কৃষ্ণ ঐবু, চিন্তয়ন্ত =পুক্নীংদা নীংহুনা, পর্য্যুপাসতে=নীংথিনা উপাসনা তৌহুনা লৈ। নিত্যাভিযুক্তানাং — মতৌ অসুম্না মতম পুম্নমক্তা তত্তনা পুক্নীং থিংজিন্দুনা লৈরিবা, তেষাং=জ্ঞানী ভক্ত ওইবা মখোয়শিং অহুগী, যোগক্ষেমং—পুন্সি লেম্নবগীদমক ফংজ্রিবা পোৎপু ফংহনবা অহুগা ফংলবা পোৎপু ঙাকপা অনীসিবু, অহং বহামি—কৃষ্ণ ঐনা পুহুনা (তৌহুনা) লৈ। ২২।

অপুনবা অর্থ :— পরমেশ্বর শ্রীকৃষ্ণদগী অতোপ্পা অমা লৈতে হায়বথিবু নীংথিবা খঙলবা জ্ঞানী ওইবা মীশিং অহুমা মখোয়গী আত্মা ওইনা লৈবা কৃষ্ণ ঐমক্তবু মপূঙ্গীংদা কাউদনা ( নীংহুনা ) উপাসনা তৌহুনা লৈ। মতৌ অসুম্না মতম পুম্নমক্তা তত্তনা কৃষ্ণ এচোন্দা পুক্নী থিজিন্দুনা থম্লিবা মখোয়শিং, অহুগীদমক ফংদ্রিবা পোৎ ফংহনবা অমসুং ফংলবা পোৎপু ঙাকপা ( থবক ) অমীসিবু কৃষ্ণ ঐনা তৌহনা লৈ ॥ ২২॥

## অথূপ্পা বা

জ্ঞানীশিংনা য়েংউ য়েংউবা মফমদা সাক্ষাৎ পরব্রহ্মগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণদবু উই মচোন্দগী অতোপ্পা অমত্তবু উদে, অহুগা উরিবা সংসারসিবু মঙগী মত্তোগুম্না উবনি, অশেংবদদি মিথ্যানি হায়না খঙই। মরম অসিনা শ্রীভগবান্না উদ্ধবকী মফমদা অসুম্না হায়রি—

সুপ্তস্য বিষয়ালোকো ধ্যায়তো বা মনোরথ ।
নানাত্মকত্বাদ্বিফলস্তথা ভেদাত্মধীগুণৈ ॥

"তুমদুনা লৈবা মীনা মঙদা উবা পোৎ নত্রগা বিষয়শিংবু ধ্যান তৌহনা লৈবা মীনা মনোরথ ( মনদা লৈবা পোৎ ) ময়াম ওইবদগী হায়বদি অমত্ত ওইবা পোৎ নত্তবা মরম্না অরেম্বদা তাহুনা মিথ্যা ওইবগী মত্তোগুম্না সত্ত্ব রজ অমসুং তম গুণ অহুমসিনা ওইবা আত্মাগী খেন্নবা বুদ্ধিশিংসু মিথ্যানি। ( অশেংবনক্তি আত্মা অমত্তনি )।"

অসুম্না হায়রিবা আত্মাসি সাক্ষাৎ পরব্রহ্মগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণমক্তি। মতৌ অসুম্না শ্রীকৃষ্ণবু মশামক্তী আত্মানি খঙলিবা মী জ্ঞানীনি। জ্ঞানীসিগী মরমদা ভগবান্না মথক্তা অসুম্না হায়খ্রে— "প্রিয়ো হি জ্ঞানিনোঽত্যর্থমহং স চ মম প্রিয়" (গী ৭।১৭)— "কৃষ্ণ ঐ অসি জ্ঞানীগী য়াম্না নুংশিরবা অমনি, অহুগা মহাকসু ( জ্ঞানীসু ) কৃষ্ণ ঐগী নু শিবনি।" "জ্ঞানী ত্বাত্মৈব মে মতম্" (গী ৭।১৮) —"জ্ঞানীদি কৃষ্ণ ঐগী আত্মামক্তি হায়বসি কৃষ্ণ ঐগী অরেপ্পা মতনি।"

অসিগুম্বা জ্ঞানীশিংনা মখোয়গী আত্মাগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণবু মতম পুম্নমক্তা তত্তনা নীংহুনা লৈবা মরম্না হিংহুনা লৈবগী মরমদা খোওইদনা লৈখোক্নুনা হিংনবা থবক অমত্ত তৌদে। মরম অসিনা মখোয়গীদমক যোগক্ষেম পুহুনা লৈ হায়না ভগবান্না হায়বনি। "অপ্রাপ্তপ্রাপণং যোগ ক্ষেমস্তু স্থিতরক্ষণম্" হায়বদি ফংহনবা অহুগা ফংলবা পোৎপু ঙাকপা অসি যোগক্ষেমগী অর্থনি। ২২।

ইবুংঙো মহাক মশামক্তা "অহং ক্রতুঃ" (৯।১৬) অসিনচিংবনা লেঙলি পাম্লিবা পুম্নমক অসি নহাকমক্তি, অতোপ্পা অমা নত্তে, ইন্দ্র-নচিংবা দেবতাশিংদু মহাক্না মশক অহোক্নুনা লৈবত্তনি মচোন্দগী অতোপ্পা নত্তে হায়বসি হায়দিরে। অহুবু মহাকপু নীংবা মীশিংদো অরাম্ব চুম্বম খংই অহুগা ইন্দ্র-নচিংবা লাইশিংবু নীংদুনা মহৈ পাম্বশিংদো হকং-হনা চৎপগী মলম ওইনা পোকপা শিং

শিবা ফংই হায়ক্লিবসি করি মরম্না হায়ক্লিমনো ? অস্মুম্না চিংনরবদা জ্ঞানী ওইবা মীশিংনা কৃষ্ণ
'গী ঈশক খঙহনবা মহৈ পামদবা ঐবু নী বনবি, মতমদগী মখোয়বা অরান পুবম ফ বনি অতগা
অজ্ঞানীশিংনা কৃষ্ণ ঐগী ইশক খঙদবা মরমদগী ইন্দ্র নচিংবা লাইশিংবু অতোপ্পনি খন্দুনা মহৈ পামহনা
লাইশি দুবু নীংই। মরম অসিনা অজ্ঞানীশিংনা পোকপা শিবা নাইবা স সার ফ বনি। ইন্দ্র নচিংবা
লাইশি (কৃষ্ণ) ঐমক ওইরবসু রাখল খেন্নবা মখোয়গী উপাসনা তৌবদগী মহৈ খেন্নবনি হায়রবসি
তাকুনা ভগবান্না অস্মুম্না হায়রি—

যেহপ্যন্যদেবতাভক্তা যজন্তে শ্রদ্ধয়ান্বিতাঃ।
তেঽপি মামেব কৌন্তেয় যজন্ত্যবিধিপূর্ব্বকম্ ॥ ২৩॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** —কৌন্তেয়=কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন! অন্যদেবতাভক্তা =ইন্দ্র নচিংবা
অতোপ্পা দেবতাশিংগী ভক্ত যে অপি—মখোয়শিং অহনসু, শ্রদ্ধয়া অন্বিতা =আস্তিক বুদ্ধি তৌহনা
য়াম্না থাজবগা লোয়নবা যজন্তে—মহৈ ফ নবা পূজা তৌই তে অপি=মহৃগুম্না মখোয়শিং অহনসু,
অবিধিপূর্ব্বক—করম্না আরাধনা তৌগদগে হায়রবসিবু খঙদবগী মশক অজ্ঞান্না মরম ওইহনা
মাং এব—ইন্দ্র নচিংবগী মশক ওইনা লৈরিবা কৃষ্ণ ঐতবু যজন্তি—পূজা তৌহনা নীংই। (মতৌ
অস্মুম্না ঐগী ঈশক খঙদবদগী মখোয়না সংসার ফংবনি) ॥ ২৩ ॥

**অপূনবা অর্থ** :— কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন। ইন্দ্র নচিংবা অতোপ্পা দেবতাশিংগী ভক্ত ওইবা
মখোয়শিং অহনসু আস্তিক বুদ্ধি তৌহনা য়াম্না থাজনা পূজা তৌই। মহৃগুম্না মখোয়শিং অহনসু
করম্না পূজা তৌগদগে হায়রবসিবু খঙদবগী মশক ওইবা অজ্ঞান্না মরম ওইহনা ইন্দ্র নচিংবগী
মশক ওইহনা লৈবিবা ঐত্নু পূজা তৌহনা নীংই ॥ ২৩॥

অজ্ঞান্না মরম ওইহনা নীংই হায়রবসিমক্তবু নীংথিনা তাকুনা অস্মুম্না হায়রি –

অহং হি সর্ব্বযজ্ঞানাং ভোক্তা চ প্রভুরেব চ।
ন তু মামভিজানন্তি তত্ত্বেনাতশ্চ্যবন্তি তে ॥ ২৪ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** —অহং=ভগবান বাসুদেব ঐসি সর্ব্বযজ্ঞানাং=বেদ অমসুং স্মৃতিনা তাকপা
যজ্ঞ পুম্নমক্কী, ভোক্তা চ—অচাবমক্কি চ—অহৃগা, প্রভু এব—মহৈ পীবিরিবা মপুসু ঐমক্কি
হায়বসি হি=কাওরিবনি তু=অহৃবু অতোপ্পা দেবতাশিংবু পূজা তৌহনা লৈরিবা মীশি না
মাং=মতৌ অস্মুম্না ভোক্তা অমসুং প্রভু ওইহনা লৈরিবা ঐ অসিবু, তত্ত্বেন=অশেংবা মওঙদা,
ন অভিজানন্তি=করিমত্ত খঙদে অত —মরম অসিদগী, তে=অতোপ্পা দেবতাশিংগী পূজা তৌহনা
লৈরিবা মখোয়শিং অহৃ, চ্যবন্তি—লৈখা তাহনা পোকপা-শিংবু ফ হনা লৈ ॥ ২৪ ॥

**অপূনবা অর্থ** :— ভগবান বাসুদেব ঐসি যজ্ঞ পুম্নমক্কী অচাবমক্কি অহৃগা মহৈ পীবিরিবা
মপুসু ঐমক্কি হায়বসি কাওরিবনি। অহৃবু অতোপ্পা লাইশিংগী পূজা তৌরিবা মীশিংনা মতৌ

অসুম্না ভোক্তা অমসু, প্রভু ওইদুনা লৈরিবা ঐসিবু অশেংবা মওওদা নীংখিবা থওদে। মরম অসিদগী মখোয়শিং অদু লৈখা তাদুনা লৈরিবনি ॥২৪॥

অতোপ্পা দেবতাশিংগী পূজা তৌবশিংনা মোক্ষ ওইবা মহৈ ফংবা ওমত্রবসু মখোয়না নীংলিবা অদুগী মতুং ইম্না অপীকপা মহৈ ফংই অদুগা ঐবু নীংবা মীদি মোক্ষগী মগক ওইবা ঐবু ফংই হায়বসিবু ভগবাননা তৌজিক অসুম্না তাক্লি—

যান্তি দেবব্রতা দেবান্ পিতৃন্ যান্তি পিতৃব্রতাঃ।
ভূতানি যান্তি ভূতেজ্যা যান্তি মদ্যাজিনোঽপি মাম্ ॥২৫॥

অন্বয় ব্যাখ্যা:— দেবব্রতা = হোৎনবা নিয়ম ওাকুনা ইন্দ্র-নচিংবা দেবতাশিংবু পূজা তৌজরিবা মীশিং অদুনা, দেবান যান্তি = ইন্দ্র নচিংবা দেবতাশিংবু ফংই, পিতৃব্রতা = শ্রাদ্ধ-নচিংবা ক্রিয়া তৌদুনা পিতরশিংগী দেবতা অগ্নিষাত্তা নচিংবা পূজা তৌবা মীশিংনা, পিতৃন যান্তি = আগ্নিষাত্তা-নচিংবা পিতৃশিংবু ফংই, ভূতেজ্য' — যক্ষ, রক্ষ নচি বা ভূতশিংবু পূজা তৌদুনা লৈবা মীশিংনা, ভূতানি যান্তি = মখোয় ভূতশিংদুবু ফংই মদ যাজিন অপি = অদুগা দেবতা নচিংবা পুম্নমক্তা কৃষ্ণ ঐমক্তি খওদুনা পরমেশ্বর ওইবা কৃষ্ণ ঐমকবু পূজা আরাধনা তৌজরিবা মীশিংদুনদি, মাং যান্তি = কৃষ্ণ ঐবু ফংদুনা মোক্ষ ফংই ।২৫।

অপুনবা অর্থ — দেবতাশিংবু নিয়ম কায়দনা পূজা তৌবা মীশিংনা দেবতাশিংবু ফংই শ্রাদ্ধনচিংবা তৌদুনা পিতরশিংগী পূজা তৌজরিবা মীশিংনা পিতরশিংদুবু ফংই, ভূত প্রেতশিংবু পূজা তৌজরিবা মীশিংদুনা ভূত-প্রেতশিংদুবু ফংই অদুগা দেবতা নচিংবা পুম্নমক্তা কৃষ্ণ ঐমক্তনি খওদুনা পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐবু নীংজদুনা পূজা তৌজরিবা মীশিংনা কৃষ্ণ ঐবু ফংদুনা মোক্ষ ফংই ॥২৫॥

## অথুপ্পা বা

ভগবান নত্তনা অতোপ্পা লাই নচিংববু নীংলিবা মীশিং অসি সাত্ত্বিক, রাজসিক অমসুং তামসিক খেন্নবদগী অহুমখোক্তা থায়রি। মখোয়শিং অদুগী মসু দা সাত্ত্বিক ওইবা (সত্ত্বগুণ লৈবা) মীশিংনা ইন্দ্রনচিংবা লাইশিংবু নী দুনা লাইশিং অদুগী থবম ফংই। শ্রুতিনসু অসুম্না হায়রি— "দেবো ভূত্বা দেবানপ্যেতি" (বৃ উ ৪।১।২) "উপাসক দেবতা ওইদুনা দেবতাশিবু ফংই।" মতৌ অসুম্না রাজসিক ওইবা (রজোগুণ লৈবা) মীশিংনা শ্রাদ্ধনচিংবা ক্রিয়া কর্ম তৌদুনা অগ্নিষাত্ত-নচিংবা (পিতৃলোকী মপু ওইদুনা লৈরিবা) লাইশিংবু ফংই। অদুগা তামসিক (তমোগুণ লৈবা) মীশিংনা ভূত-প্রেতশিংগী সাধন তৌদুনা মখোয়বু ফংই। মরম অসিনা শ্রুতিনসু অসুম্না হায়রি— "তং যথাযথোপাসতে তথৈব ভবতি" (মুদগ উ ৩।৩)—"পরমেশ্বর

অহুবু করিগুম্বা মওং অমদা পূজা আরাধনা তৌরবদি মহাক (পরমেশ্বর) উপাসক অহুগী মী বা মতুং ইমা মওং অহু ওই।" হায়রিবা উপাসকশিং অসি নত্তবা য়াম্না সাত্ত্বিক ওইহনবা পর মেশ্বরবু লাই পুম্নমক্কী মশক্তি খঙলবা উপাসকশিংনা ইবুংঙো মাবুতা নীংহনবা অমম্তং পূজা তৌহনবা ইবুংঙো মাবু ফংই ॥ ২৫ ॥

মতৌ অম্মুম্না অতোপ্পা দেবতা-মচিংবা পূজা তৌবনা করি ফংবগে অমম্তং ইবুংঙো মাগী পূজা তৌরগা করি ফংবগে হায়রবা মতুংদা হৌজিক অতোপ্পা লাই মচিংবগী পূজা তৌবদা শেল থুম মচিংবা পোৎ-চৈ য়াম্না চঙই অহুবু ইবুংঙো মাবু পেন্নবা পূজা তৌবদদি করিমত্ত চঙদে, য়াম্না লায়না পূজা তৌরগা খ্বায়দগী হেন্না ফবা মহৈ ফংবা য়াই হায়বসিবু অম্মুম্না তাক্লি—

পত্রং পুষ্পং ফলং তোয়ং যো মে ভক্ত্যা প্রযচ্ছতি।
তদহং ভক্ত্যুপহৃত মশ্নামি প্রযতাত্মনঃ ॥ ২৬ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা :**— য —ভক্ত ওইবা মী অহুনা, পত্রং—উনা শীংবা, পুষ্পং—লৈ-শ্ন, ফল—মহৈ মরোং, তোয়ং=সুপ্না ঈশিংদা ওইরবস্নু, ভক্ত্যা—ভক্তিগা লোয়নবা, মে=কৃষ্ণ ঐগীদমক, প্রযচ্ছতি—কৎচৈ। প্রযতাত্মন—মতৌ অম্মুম্না পুক্নীং শেংবা লৈরিবা মীহুগী, ভক্ত্যুপহৃতম—ভক্তিগা লোয়নবা য়াম্না পেন্না কৎচরিবা, তৎ—করিস্নু লৈতবা অচম্বা পোৎ অহু ফাওববুস্নু, অহং—কৃষ্ণ ঐনা, অশ্নামি—পেন্না চায় হায়বদি লৌই ॥ ২৬ ॥

**অপূনবা অর্থ :**— ভক্ত ওইবা মীহুনা উনা শীংবা, লৈ শু, মহৈ মরোং, সুপ্না ঈশিংদা ওইরবস্নু ভক্তিগা লোয়নবা কৃষ্ণ ঐগীদমক কৎচৈ। অম্মুম্না পুক্নীং শেংবা হোৎনরিবা মীহুগী ভক্তিগা লোয়নবা য়াম্না পেন্না কৎচরিবা অচম্বা পোৎ অহু ফাওববুস্নু কৃষ্ণ ঐনা য়াম্না পেন্না লৌই ॥ ২৬ ॥

অথুপ্পা বা

শ্লোক অসিদা "ভক্ত্যা প্রযচ্ছতি" হায়বদি ভক্তিগা লোয়নবা কৎচৈ, "ভক্ত্যুপহৃতম" হায়বদি ভক্তিগা লোয়নবা কৎচরিবা অম্মুম্না অনৌরক হন্না "ভক্ত্যা" ৱাহৈসিবু শ্রীভগবান্না শীজিন-নবিবদগী ঐখোয়না খঙবা উম্নদি শ্রীভগবানবু ফংনবা হোৎনবসিদা মকোক ওইবা উপায় ভক্তিনি, ভক্তি লৈত্রবদি মীহুনা ভগবানবু ফংবা উমদে অমস্তং অশেংবা ভক্তি য়াওদনা ফবদগী হেন্না ফবা হায়বদি খ্বায়দগী হেন্না ফবা পোৎ কৎলবস্নু ইবুংঙো মানা লৌদে। খুদম ওইনা হায়রবদি শ্রীভগবান্না দুর্য্যোধনগী মনাক্তা পাণ্ডব মগী দূত ওইনা চৎপা মতমদা দুর্য্যোধনগী য়ুমদা য়াম্না হাউরবা অহাও-অথুম চাবা থাদোক্লগা বিদুরগী য়ুমদা চত্তুনা মনা মশীং চাবহন্না য়াম্না পেনখি। মতৌ অমুম্না লায়রবা ব্রাহ্মণ সুদামানা ভক্তিগা লোয়নবা মাগী কিজীদা পুন্নুবা

পুন্নকপা চেঙ খরহ শ্রীভগবান্না হায়রগা (চায়রগা) যাম্না তৌবখিবা মতৌ ওইনা লৌরি অহম অসিবু সুদামাগী দমক পীখোকখি। অসিগুম্বা ভক্তিহ কদাযবু কৌবগে হাযবহুবু নারদনা অম্মুম্না হায়রি— "সাত্বস্মিন্ পরমপ্রেমরূপা" (ন ভক্তি সূত্র ২)— "ভক্তি অগদ শ্রীভগবানসিগী মফমদা থায়দগী হেন্না প্রেম তৌবনি।" মরম অসিনা শ্রীভগবান্দা লেভদবা প্রেম তৌরবতদা ইবুংঙো মাগী অশে বা মপক অহু খঙহনা মাবু ফংজবা ঙমগদবনি। মসিগু শ্রীভাগবত পুরাণদসু শ্রীভগবান্না মশামক্না অম্মুম্না হায়রি— "ভক্ত্যাহমেকয়া গ্রাহ্য শ্রদ্ধয়াত্মাপ্রিয়সতাম্" (ভা ১১।১৪।২১)— "হে উদ্ধব! সাধুশিংগী য়াম্না নুংশিরবা আত্মা ওইনা লৈবা ঐহাক অসি থাজবগা লোয়নবা তৌরিবা ভক্তিনা মরম ওইহনা ফংবা য়াগদবনি।" শ্রীভগবান অচৎ চত্ত জীব পুম্নমক্কী আত্মানি, অহুবু অজ্ঞানী ওইবা মীশিং না ইবুংঙো মাবু মশা মশাগী আত্মানি হায়বসি খঙদে সুপ্পা জ্ঞানী ওইবা সাধুশিংদনা মাবু আত্মানি হায়বসি খঙই। মরম অসিনা শ্রীভগবান্না উদ্ধবকী মফমদা "সাধুশিংগী আত্মা ওইনা লৈবা" হায়বনি। থরায় পানবা পুম্নমক্না মশা মশাগী আত্মাতদা য়াম্না প্রেম (নুংশিবা) ওইহনা লৈ, আত্মাদগী থোইনা হেন্না নুংশিবা পোৎ অমত্ত লৈত্তে। মরম অসিনা শ্রীভগবানবু মশামক্কী আত্মানি লেপ্পুনা য়াম্না নুংশিনা ইবুংঙো মাবু শীভগবনি মতুম্না তৌরবদি শীন্দনমক ইবুংঙো মাবু ফংবা ঙমগনি। অহগা গীতাগী শ্লোকসিদা শ্রীভাবান্দা "অশ্নামি ঐনা চায়" হায়বসিগী মতুঙ "ঐনা লৌই" হায়বা অর্থ তৌগদবনি। মরমদি শ্রুতিনা অম্মুম্না হায়রি— 'ন হ বৈ দেবা অশ্নন্তি ন পিবন্তি (ছা উ ৩।৯।১)— 'দেবতাশিং লেপ্পমক করিমত্ত চাব থকপা তৌদে' ॥ ২৬ ॥

অহু ওইরবদি ইবুংঙো নহাকপু ভক্তিগা লোয়ননা করম্না পূজা তৌগনি হায়না চিংনরবদা পূজাগী মওঙ অহুবু অম্মুম্না তাক্লি—

> যৎ করোষি যদশ্নাসি যজ্জুহোষি দদাসি যৎ।
> যত্তপস্যসি কৌন্তেয় তৎকুরুষ্ব মদর্পণম্ ॥ ৭ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা :— কৌন্তেয—কুন্তীগী মচা হে অর্জুন। যৎ করোসি—নহাক্না ব্যবহারগী মতমদা চংপা খোংপ নচিংবা থবক অমসুং শাস্ত্রনা তৌ তাকপা থবক তৌরিবহ যৎ অশ্নাস—পেন্ন নবা চারিবহু, য জুহোসি—শাস্ত্রনা তাকপা মতুং ইন্না হোম শীব নচিংবা তৌরিবহু, য দদাসি—মতীক চাবা মী যেংহনা অওবা দান পীরিবহু, যৎ তপস্যাস—চন্দ্রায়ণব নচিংবা তপ তৌরিবহু, তৎ—মহু পুম্নমক অহুবু মদর্পণম্—কৃষ্ণ ঐঙোন্দা কংথোক্লুনা, কুরুষ—মহৈ পাম্না লৈহনা তৌ।

অপুনবা অর্থ :— কুন্তীগী মচা হে অর্জুন! নহাক্না হোমশা ওইবা থবক অমসুং শাস্ত্র তাকপা থবক তৌরিবহু, পোৎ চারিবহু, মৈদা হোম শীব নচিংবা তৌরিবহু, চমক্বা দান পীরিবহু তপ তৌরিবহু, মহু পুম্নমক অহুবু কৃষ্ণ ঐঙোন্দা পুক্নীং শেংনা কংথোক্লগা তৌ। ২৭।

## অথূপ্পা বা

"যৎ করোষি" অসি নচিংবনা তৌরিবা থবক চারিবা পোৎনচিংববু ভগবান্দা কৎথোকউ হায়বসিদা চাবা থকপদা শাস্ত্রনা থি বা অমস্মু, পাপ ওইবা চার থক্লগা অমস্মু, থবক তৌরগা মহ পুম্নমক অহুবু ভগবান্দা কৎথোকউ হায়বা নত্তে মহুম্না তৌরবদি মহাপাপকী মশক ওইগনি। শ্রীভগবান্না হায়রিবসিগী অভিপ্রায়দি—লোকমর্য্যাদা কায়দনা চৎলিবা অমস্মু, শাস্ত্রনা থিংদবা হৌনশা ওইবা থবক্লুচিংববু নিকাম ভাবতা হায়বদি মহৈ পামদনা তৌরগা ভগবান্দা কৎথোকউ তাকপনি। অহুম্না তৌহুনা লৈরবদি ইবু ঙো মাগী কৃপাদগী যাম্না থুনা পুক্নীং শে দোকখিহুনা ইবু ঙো মাবু ফংবা ঙমগনি। মরম অসিনা মসিবু শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণদস্মু অস্মুম্না হায়রি—

ইষ্টং দত্তং হুতং জপ্তং মদর্থং যদ্‌ব্রতং তপ ॥

এবং ধর্ম্মৈর্মনুষ্যাণামুদ্ধবাত্মনি বেদিনাম্ ॥

ময়ি সঞ্জায়তে ভক্তিঃ কোঽন্যোঽর্থোঽ স্যাঽবশিষ্যতে ॥

(ভাগ ১১।১৯।২৮২৪)

"যজ্ঞ তৌবা, দান তৌবা হোম তৌবা জপ তৌবা ব্রত তৌবা তপ তৌবা অসি নচিংবা পম্নমকসিবু কৃষ্ণ ঐগীদমক তৌ। হে উদ্ধব! মতৌ অস্মুম্না মথক্তা হায়রিবা যজ্ঞ তৌবনচিংবা ধর্ম্মশিংবু তৌহুনা লৈরগা ঐঙোন্দা মশামকপু কৎথোক্লিবা মীশিংহুগী থম্মোইদা কৃষ্ণগী মফমদা লৈবা প্রেমগী মশক ওইবা ভক্তি পোক্লকই। অস্মুম্না ভক্তি পোক্লবদা মীহুগী করম্বা অতোপ্পা অপাম্বা অমা সংসারসিদা লৈহৌগদগে? হায়বদি সংসার পুম্নমকসিবু ভগবানগী মশক ওইনা উহনা মহুনা পেন্দুনা লৈগনি।" মরম অসিদগী "ন বাসুদেবাৎ পরমস্তি কিঞ্চিৎ"— "তাইবংসিদা বাসুদেব ভগবান্দগী অতোপ্পা করিমত্ত লৈতে"।২৭।

মতৌ অস্মুম্না তৌরিবা ভক্তিসিগী মহৈবু মথাগী শ্লোকতা শ্রীভগবান্না অস্মুম্না হায়রি—

শুভাঽশুভফলৈরেবং মোক্ষ্যসে কর্ম্মবন্ধনৈঃ।

সন্ন্যাস যোগযুক্তাত্মা বিমুক্তো মামুপৈষ্যসি ॥২৮॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা**:— এবং=মথক্তা হায়খ্রিবা থবক—কৎথোকপনচিংবা ভক্তিসিবু তৌরগা, শুভাশুভ ফলৈ =অফ-ফত্তগী মশক ওইবা মহৈশিংবু পীরিবা, কর্ম্মবন্ধনৈ —কর্ম্মগী অপুনবশিং অসিদগী, মোক্ষসে—অর্জুন নহাক নাম্বোকপা ফংগনি সন্ন্যাস যোগযুক্তাত্মা—মতৌ অস্মুম্না কর্ম্মগী মহৈ থাদোকপগী মশক ওইবা কর্ম্মযোগসি তৌহুনা পুক্নী শেংদোকপ্রবা নহাক্না, বিমুক্ত —হিংন হি নমক মুক্ত ওইহুনা (মোক্ষ ফংহুনা) মাং উপৈষ্যসি—শিরবা মতুংদা কৃষ্ণ ঐঙোন্দা তিন্দুনা লৈবগী মশক ওইবা কৈবল্য মোক্ষবু ফংগনি।২৮।

**অপুনবা অর্থ**:— মতৌ অস্মুম্না ভজন তৌহুনা লৈরগা নহাক অফ ফত্ত মহৈশিংবু পীরিবা কর্ম্মগী অপুনবশিংসিদগী নাম্বোকপা ফংগনি মতৌ অস্মুম্না কর্ম্মগী মহৈ থাদোকপগী মশক ওইবা

কর্ম্মযোগ অসিবু তৌদুনা পুক্নী‌ৎ শেংদোকপ্রবা নহাক্না হিংন হিংনমক মোক্ষ ফংদুনা লৈরগা শিরবা তুংদা কৃষ্ণ ঐংগোন্দা তিন্দুনা কৈবল্য মোক্ষ ফংগনি ॥ ২৮॥

অথুপ্পা বা

শ্লোক অসিদা ভগবান্না অর্জ্জুনবু হায়রিবসিগী অথুপ্পা বাদি অসিনি— ব্যবহারদা ( চংনবীদা ) হৌনশা ওইনা তৌরিবা থবকশিংবু তৌবা মতমদা কর্ত্তৃত্বগী ( ঐ অতোবনি হায়বা ) নাপলবু থাদোক্কদবনি। অদুগা তৌরিবা থবকশিং অমম্নুং মখোয়দগী ওইগদবা মহৈশিংনা শ্রীভগবানগী পুজা তৌরিবনি হায়না পুক্নীংদা থনজগদবনি। অস্মুম্না তৌরবদি মহৈশিং অদু অতোবা ঐগী নত্তে, শ্রীভগবানগীনি লেপ্পা মরম্না ভোক্তৃত্বগী ( মহৈ চাবগী ) নাপল লৈররোই। অতোবা অমম্নুং মহৈ চাবগী নাপল লৈত্রবদি শোয়দনমক অফ ফত্ত মহৈ লৈবা কর্ম্মশিংনা পুন্দুনা লৈবা অদুদগী নান্থোকপা ঙমগনি। মতৌ অস্মুম্না মহৈ পাম্বা থাদোকপগী মশক ওইবা নিষ্কামকর্ম্ম যোগ তৌদুনা লৈবদগী পুক্নীং শেংদোকখিদুনা অশেংবা পুক্নীং অদুদা শ্রীভগবানগী অমত্ত ওইবা অশেংবা মওঙদু খঙদুনা হিংন-হিংনমক মুক্তি ফংদুনা প্রারব্ধ কর্ম্ম লোইরিফাওবা লৈগনি, মদুদগী শিরবা মতুংমক্তদা শ্রীভগবান্দা তিন্দুনা অমত্ত ওইবা কৈবল্য মোক্ষ ফংগনি। মসিবু অন্নপূর্ণা উপনিষত্তস্ন অস্মুম্না হায়রি— "সংন্যাস যোগযুক্তাত্মা জ্ঞানবান্ মোক্ষবান্ ভব (৫।৪।৭)— "নিষ্কাম কর্ম তৌদুনা পুক্নীং শেংবা ওইদুনা জ্ঞান লৈবা ওইরগা মোক্ষ ফংবা ওইয়ু।" জ্ঞান কদায়নবু কৌবগে হায়বদুদি শ্রীভগবান্না উদ্ধবকী মফমদা অস্মুম্না হায়রি— "জ্ঞানং চৈকাত্মাদর্শনম্" ( ভাগ° ১১। ১৯। ২৭ )— "আত্মা মমাম ন ত্ত সূপ্না অমত্তনি খঙবসিবু জ্ঞান কৌই।" হায়রিবা আত্মাসিদি ভগবানমক্তি। মরম অসিনা পুম্নমক্তা আত্মা ওইনা লৈরিবা ভগবানবু খঙনবা হোৎনগদবনি।২৮।

ভগবান ওইবা নহাক্না ভক্তশিংগী মফমদা কৃপা তৌই, ভক্ত নত্তবশিংগী মথক্তা কৃপা তৌদ হায়রবদি নহাক মীচং মীথাব নাইবা ওইগনি হায়না চিংনরবদা অস্মুম্না হায়রি—

সমোহহং সর্ব্বভূতেষু ন মে দ্বেষ্যোস্তি ন প্রিয়ঃ।
যে ভজন্তি তু মাং ভক্ত্যা ময়ি তে তেষুচাপ্যহম্ ॥ ২৯।

অন্বয় ব্যাখ্যা।— অহং = কৃষ্ণ ঐ অসি, সর্ব্বভূতেষু = থবায়পানবা পুম্নমক্কী মনুংদা, সম - অমত্ত ওইনা চপ মাননা লৈ মরম অসিনা —মে = কৃষ্ণ ঐগী, দ্বেষ্য —কনাবু য়েক্কদুনা মনু শিদবা ন অস্তি — লৈতে মতৌ অদুম্না— প্রিয় ন অস্তি = কনাবু মক্কপনি নীংদুনা মনুংশিবা লৈতে, তু - অদুমক ওইদুনম্নু, যে = মী মখোয়শিং অদুনা মাং = কৃষ্ণ ঐবু ভক্ত্যা = কর্ম্ম পুম্নমক কথোক্তুন মনুংশিবগা লোয়নবা, ভজন্তি = পূজা তৌদুনা নীংজৈ, তে = অদুগুম্বা মখোয়শিং অদু, ময়ি = কৃষ্ণ ঐংগোন্দা মতম পুম্নমক্তা লৈ, চ = অদুগা, অহং অপি = কৃষ্ণ ঐমু, তেষু = মখোয়শিং অদুগী থম্মোইদ লৈ ॥ ২৯।

**অপুনবা অর্থ ঃ—** কৃষ্ণ ঐ থরায়পানবশিংগী মুংদা অমত্ত ওইনা চপ মান্নবা লৈ, কৃষ্ণ ঐগী কনা অমত্ত মুংশিদবা লৈতে, মতৌ অদুম্না মুংশিবসু লৈতে। অদুমক ওইদুনসু মীশিংদুনা কৃষ্ণ ঐবু কর্মগী মহৈ পুম্নমক কখোতুনা নু শিবগা লোয়ননা পুজা তৌরগ্য নীংজদুনা লৈ, অদুগুম্না মখোয়শিং অদু কৃষ্ণ ঐঙোন্দা লৈ, অদুগা কৃষ্ণ ঐসু মখোয়শি দুগী থম্মোযদা লৈ। ৯॥

## অথুম্বা বা

অমংবা নোংগী মতৌগুম্না শ্রীভগবান কনাগী মকমদসু মীচঙ মীথায় নাইদে। মথল মথা অমাম্বা মক্র মন্নাংশিংনা কালেন থাগী মতমদা হৌবা ঙমদদুনা লৈপাক মনুংদা ফুমহনা লৈ। মদু পুম্নমক নোংজুথা লাক্রবদা অমংবা নোংনা ঈশিং চাইথদগী মথল মথা য়াম্না অমসুং অফ কত্ত থায়না য়াম্না থেন্নথেন্নবা হৌগংলকই। মখোয়না থেন্নবা হৌগংলকইবদু অমংবা নোংদুনা মীচঙ মীথায় নাইদুনা তৌবা নত্তে মক্ক মন্নাংশি অদুদা থেন্নবা স স্কার লৈদুনা! তৌবনি। মতৌ অদুম্না শ্রীভগবানসু থরায়পানবশিংগী মু দা চপ মান্নবা লৈবনি, মাচঙ মীথায় নাইদে। শ্রীভগবান্না কৃপাগী মশক ওইবা ঈশিং চাইরবদা মখোয়শি দুগী উপাধি ওইবা ( অমত্ত ওইবা আত্মাবু তোপ্পা তোপ্পা উৎপদা মরম ওইরিবা ) অন্ত করণশিং অদুদা পাপ পুণ্য ওইবা তোঙান তোঙান লৈরিবা সংস্কারশিং অদুনা ভক্ত অমসুং ভক্ত নত্তবশিংদা থেন্নবনি। ভক্ত নত্তবা মীশিংগী পুক্নীংদা বিষয়ভোগ পাম্বা মরমদগী শ্রীভগবানবু কদোঙৈদসু নীংবা তৌদে। মরম অদুদগী শ্রীভগবান মখোয়গী থম্মোয়দা মতম পুম্নমক্তা লেঙদনা লৈরবসু লৈতবগা চপ মান্নে। অদুগা শ্রীভগবানবু নীংজদুনা লৈরিবা ভক্তশিং দি শ্রীভগবান্দা মতম পুম্নমক্তা পুক্নীং থি জিনবা মরম্না মঙোন্দা (শ্রীভগবান্দা) লৈ অদুগা শ্রীভগবানসু ভক্তশিং অদুগী শেংলবা অন্ত করণশিং অদুদা ফোঙদোকুনা অশেংবা মওঙ উত্তুংনা লৈবা মরমদগী শ্রীভগবান মখোয়দা লেঙদনা লৈ ॥ ২৯॥

শ্রীভগবান্দ তৌরিবা ভক্তসিগী মতীক মগুণ কয়ামুক চাউবগে হায়বদু অস্থুম্না তাক্লি—

অপি চেৎ সুদুরাচারো ভজতে মামনন্যভাক্।
সাধুরেব স মন্তব্য সম্যগ ব্যবসিতো হি সঃ। ৩।

**অন্বয় ব্যাখ্যা :—** চেৎ = করিগুম্বা মরম অমদগী অহানবদা, সুদুরাচার অপি = য়াম্না ফত্তবা লমচৎ চৎপা মী অমা ওইরবসু, অনন্যভাক্ — কৃষ্ণ এ নত্তবা অতোপ্পা অমবু নীংবা তৌদনা, মাং ভজতে — কৃষ্ণ ঐতবু ভক্তি তৌদুনা নীংদুনা লৈ, স = অদুগুম্বা মী অদু, সাধূ এব = সাধুমক্লি হায়বদি অফবা মীঅক্লি হায়না, মন্তব্য = খঙগদবনি, হি — মসিগী মরমদি, স = মহাক অদুনা, সম্যাগ = অচুম্বা ভোকম থোকপদু ব্যবসিত — খঙদুনা লেপ্লে ॥ ৩০ ॥

**অপুনবা অর্থ ঃ—** করিগুম্বা মরম অমদগী অহানবদা য়াম্না ফত্তবা লমচৎ চৎপা মী অমা ওইরবস্নু, কৃষ্ণ ঐ মত্তবা অতোপ্পা অমবু মীংবা তোদনা কৃষ্ণ ঐত্তবু মীংহনা ভক্তি তৌই, অহুগুম্বা মহাক অহু অকবা মীমক্লি থঙগদবনি, মরমদি মহাক্লা অচুম্বা তৌগদবহু লেপ্লে ॥ ৩০ ।

**অথূপ্পা বা**

শ্লোক অসিগী উদাহরণদি (খুদমদি) বাল্মিকী অজামিল মচিংবনি। অহানবদা বাল্মিকী অসি রত্নাকর কৌবা ডাকু অমা ওইরমই। মতুংদা নারদগী উপদেশদগী শ্রীরামগী ভজন তৌবা হৌই। মহুদা অহানবদা "রাম" হায়বসি শোনবা থোক্কহনা "মরা-মরা" শোন্দুনা লৈ, মহুগী মতুংদা মহাক বাল্মিকী মহাম ওইখি। মতৌ অস্নুম্না অজামিল ব্রাহ্মণ অমা ওইরবস্নু ফত্তবা সঙ্গ তৌবদগী জঙ্গলদা ডাকু ওইনা লৈ। মানা শিরমদাই য়েৌরবদা "নারায়ণ" কৌবা মচানুপা অতোনবগী মিং কৌহনা লৈখি। মহুদগী বিষ্ণুদূত লাক্লুনা মাবু অয়ান খুবম পীখি। মরম অসিনা ভাগবত-তা অস্নুম্না হায়রি— "ভজন্ত্যনন্যভাবেন তে মে ভক্ততমা মতা" (ভা ১১। ১১। ৩৩)—"মীশিং অহুনা অতোপ্পা অমা খনবা তৌদনা কৃষ্ণ ঐগী ভজন তৌহনা লৈ, মখোয় অহু খ্বায়দগী অথোইবা ভক্তনি হায়বসি কৃষ্ণ ঐগী মতনি ॥ ৩ ।

মথক্তা হায়রিবশিং অসিমক্তবু অশেংবা তাক্লুনা অস্নুম্না মখা তারি—

ক্ষিপ্রং ভবতি ধর্ম্মাত্মা শশ্বচ্ছান্তিং নিগচ্ছতি।
কৌন্তেয় প্রতিজানিহি ন মে ভক্তঃ প্রণশ্যতি ॥ ৩১ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা —** অহানবদা য়াম্না ফত্তবা লমচৎ চৎলম্বা ওইরবস্নু মতুংদা ঐবু মীংজবদগী, ক্ষিপ্রং—মহাক অহু য়াম্না থুনমক, ধর্ম্মাত্মা ভবতি = ধর্ম্মদা পুক্নীং থিংজিন্দুনা লৈবা মী ওই (লমচৎ ফজবা মী ওই), অহুগা মহাক— শশ্বৎ শান্তিং=লেঙদবা অতপ্পা হায়বদি মোক্ষবু নিগচ্ছতি—ফংই। কৌন্তেয়—কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন। মে ভক্ত—কৃষ্ণ ঐগী ভক্ত, ন প্রণশ্যতি —অরেম্বদা থক মাঙদে হায়বসিবু, প্রতিজানিহি=নঙনা মীংথনা থঙউ ॥ ৩১ ॥

**অপূনবা অর্থ ঃ—** অহানবদা ফত্তবা লমচৎ চৎপা ওইরবস্নু তুংদা ঐবু মীংজবা মরমদগী থুনমক মহাক ধর্ম্ম তৌবা মী অমা ওই অহুগা মহাক্লা লেঙদবা মোক্ষগী মশক ওইবা শান্তিবু ফংই। হে অর্জ্জুন। কৃষ্ণ ঐগী ভক্ত অরেম্বদা থক মাঙদে হায়বসিবু নঙনা মীংথিনা থঙউ ॥ ৩১ ॥

**অথূপ্পা বা**

অহানবদা পাপ য়াম্না চেন্বা মী অমা ওইরম্লবস্নু তুংদা শ্রীভগবানগী ভজনবু পুক্নীং থনী লোঙদনা তৌজবা অহুদগী পাপ কোকথিহনা পুক্নীং শেংদোকপ্রবা মী অহুনী পুক্নীংদা শ্রীভগবানগী

মশেংবা মশক অহু ফোংদোকই। মহুদগী চিংনবা লৈতবা ভক্ত অহুবা শ্রীভগবানগী মশক খংডুবা মাক্ষ ফংই। মরম অসিদগী শ্রীরামনা হনুমানগী মফমদা অস্মুম্না হায়—

দুরাচাররতো বাপি মন্নাস ভজনাৎ কপে।
সালোক্যমুক্তিমাপ্নোতি ন তু লোকান্তরাদিকম্॥
(মুক্তি উ ১।১৮।১৯)

"হে হনুমান। ফত্তবা লমচৎ চত্তুনা লৈরবস্ু রাম ঐগী নাম শোনবগী মশক ওইবা ভজন তৌবদগী মহাক্না সালোক্য (ভগবানগা লোয়ননা লোক অমত্তদা লৈবা) মোক্ষ ফংই, অতোপ্পা লাক নচিংবা ফংদে।" মরম অসিদগী বৃহন্নারদ সংহিতাদা নামগী গুণবু অস্মুম্না তাক্লি—

হরের্ণাম্নশ্চ যা শক্তি পাপ নির্হরণে দ্বিজ।
তাবৎ কর্ত্তুং সমর্থো ন পাতকং পাতকী জন॥
(বৃ না সং ১।১১।১০)

"শ্রীহরিগী নামদা পাপ মাংহন্নবা অহুক যাম্না শক্তি লৈবা অহুগুম্না পাপী ওইবা মীনা পাপ তৌনবা শক্তি লৈতে" ॥ ৩১॥

অকবা শাগৈদা পোক্লগা মরক্তা ফত্তবা লমচৎ চত্তুনা লৈরম্বা মীনা ইবু ঙো মাবু নীংজরবদি মরান খুবম ফংই হায়রসিবু তাক্লগা হৌজিক হৌনশা ওইনা অতোনবা শাগৈদা পোকপশিংগী রমদস্ু অস্মুম্না হায়রি—

মাং হি পার্থ ব্যপাশ্রিত্য যেঽপি স্যুঃ পাপযোনয়ঃ।
স্ত্রিয়ো বৈশ্যাস্তথা শূদ্রাস্তেঽপি যান্তি পরাংগতিম॥ ৩২॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা।**— পার্থ=পৃথাগী (কুন্তীগী) মচা হে অর্জ্জুন। পাপ যোনয়=অহানবদা তৌখিবা পাপকী মতুং ইন্না য়াম্না তোম্না পোক্লবা, স্ত্রিয়=নুপীশিং বৈশ্যা=লৌউ শীংউ তৌহুনা লবা মীশিং, শূদ্রা=শূদ্র ওইনা পোকপশিং যে অপি=কনাগুম্বা চাণ্ডাল নচিংবা মীশিংস্ু, স্যু=ওইসনু, তে অপি=মখোয়শিং অহুস্ু, মাং ব্যপাশ্রিত্য=সাক্ষাৎ পরমাত্মা ওইবা কৃষ্ণ ঐঙোন্দা ংজরগা, হি=লেপ্পমক, পরাংগতিং=অখোইবা খুবম মোক্ষবু, যান্তি=ফংই॥ ৩২॥

**অপূনবা অর্থ ঃ**— পৃথাগী মচা হে অর্জ্জুন। তৌখিবা পাপকী মতুং ইন্না অতোনবা মপোক যবদি হন্নবা মপোক ফংলবা নুপীশিং, বৈশ্যশিং, শূদ্রশিং অহুগা কনাগুম্বা চাণ্ডাল নচিংবা মীস্ু ওইসনু মখোয়শিং অহুস্ু সাক্ষাৎ পরমাত্মা কৃষ্ণ ঐঙোন্দা চংজরগা লেপ্পমক অখোইবা খুবম ফংই॥ ৩২॥

**অথূপ্পা বা**

মীওইবগী মপোক অসি ফংঙমদবা অমনি, মপোক কয়ামুক্তা তুংদা ফংলিবা মপোক্লি, মপোকসিদা তৌজবগী মতুং ইন্না তুংদা অমুক হন্না খংঙমন্নবা অতোপ্পা মপোক অমা ফংগদবনি নত্রগা মোক্ষ

ফংগদবনি। মতৌ মহৈ পামতুনা কর্ম্ম নচিংবা তৌরবদি সংসারদা অমুক হন্না পোক্লুনা অন্না-অনা ফ বা শোয়দবনি, অদুগা শ্রীভগবান কৃষ্ণবু মীংজনুনা মাগী চরণদা চঙজরবদি মী অদুনা ইবুংঙো মঙোন্দা তিন্নবগী মশক ওইবা মোক্ষ ফ বা শোয়দবনি। ইবু ঙো মাগী মফমদা চঙজবদা অফ কন্ত জাতিদা পোকপা মরম ওইদে, মুপী নহা চাণ্ডাল নচিংবা কনাসু ওইসনু ইবু ঙো মাগী চরণদা চঙজবা য়াই অমসুং মাবু মীংজনুনা ভক্তি তৌজবা য়াই। মরম অসিনা ভাগবত পুরাণদা অস্নুম্না হায়রি—"ভক্তিং পুনাতি মন্নিষ্ঠা শ্বাপাকানপি সম্ভবাৎ" (ভাগ ১১।১৪।২১)—"কৃষ্ণ ঐঙোন্দা তৌজরিবা ভক্তিসিনা চাণ্ডাল নচিংবশিংবুসু মখোয়গী জাতিগী দোষ মাঙহন্নগা অশেংবা ওইহল্লী।"

ধর্ম্ম সত্যাদয়োপেতো বিদ্যা বা তপসান্বিতা।
মদ্ভক্ত্যাপেত মাত্মানং ন সম্যক্ প্রপুনাতিহি॥
(ভা ১১/১৪/২২)

"কৃষ্ণ ঐঙোন্দা ভক্তি লৈতবা মীগী পুক্নী বু অচম্না ঙাঙবা অমসু থোজাল হৈবা অনীসিনা তিন্নবা ধর্ম্মনা নত্রগা তপ তৌনুনা তম্না বিদ্যানা মীংথিনা মপুং ফানা শেংদোক্তে।"

মরম অসিনা মুপী নহা খায়দনা মী পুম্নমক্না শ্রীভগবানগী লেঙদবা ভক্তিবু শোয়দনা তৌনুনা লৈগদবনি ॥ ৩২ ॥

অস্নুম্না ওইরবদা পুণ্যনা মরম ওইনুনা অফবা শাগৈদা পোকপা মীশিংগী মরমদদি করি অমুক হায়গনি? মসিবু অস্নুম্না হায়রি—

কিং পুনর্ব্রাহ্মণা পুণ্যা ভক্তা রাজর্ষয় স্তথা।
অনিত্যমসুখং লোকমিমং প্রাপ্য ভজস্ব মাম্ ॥ ৩৩ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — পুণ্যা = পুণ্যনা মরম ওইনুনা অফবা শাগৈদা পোক্লগা অকবা সনফ চৎলবা ব্রাহ্মণা = ব্রাহ্মণশি, তথা = মতৌ অদুম্না রাজর্ষয় = অকুপ্পা তত্ত্ববু মী থিজনা থঙলবা ক্ষত্রিয়শি ভক্তা = মখোয় ভক্তশিংগী মরমদা, কিং পুন — কৃষ্ণ ঐবু ফংই হায়বসিগী মরমদা করি অমুক হায়গনি? মরম অসিনা—অনিত্যং = শোয়দনা মাঙগদবা অসুখং — মুংঙাইবা অমত্ত লৈত্রবা অন্নাবগী মরম ঙাক্তা ওইবা ইমং লোকং = মীওইবগী হকচাংসিবু প্রাপ্য — ফংলগা মাং ভজস্ব = কৃষ্ণ ঐবু ফংনবগী ভজন তৌনুনা লৈয়ু ॥ ৩৩ ॥

**অপুনবা অর্থ** — পুণ্যনা মরম ওইনুনা অফবা শাগৈদা পোক্লবা ব্রাহ্মণ অমসুং ক্ষত্রিয় ওইবা ভক্তশিংনা কৃষ্ণ ঐবু শোয়দনা ফংই হায়বসিদা করি অমুক হায়গনি? মরম অসিদগী শোয়দনা মাঙগদবা অমসুং মুংঙাইবা লৈত্রবা মীওইবগী হকচাং অসিবু ফংলগা কৃষ্ণ ঐবু মীংজনুনা লৈয়ু ॥ ৩৩ ॥

অথুপ্পা বা

মীওইবগী হকচাংসি মতুবা অতোপ্পা হকচাং অমদা ইবুংঙো মাবু ফংদুনা মোক্ষ ওইবা য়াদে।
াতোপ্পা হকচাং পুম্নমকসিদি মখোয় মখোয়না তৌখিবা পাপ পুণ্যগী মহৈ চাব নবগীদমক ফংবনি।
হৈ চাবা লোইবমক্তদা মখোয়হ মাঙখিগদবনি। মরম অসিনা মীওইবগী হকচা ফংবগী মরমদা
াস্মুম্না হায়রি— "দুর্লভো মানুষোদেহো দেহিনাং ক্ষণভঙ্গুর " (ভা ১১।২।২৯)—
জীবশিংনা মীংকুপ অমত্তদা মাঙগদবা অমসুং ফংঙমদ্রবা মীওইবগী হকচাং অসিবু ফংই। মরমদি
াসি মোক্ষগী সাধন ওই।" মরম অসিদগী শ্রীভগবান্না অতোপ্পা মফম অমদসু অস্মুম্না হায়রি—

এষা বুদ্ধিমতাং বুদ্ধির্মনীষা চ মনীষিণাম্ ।
যৎ সত্যমনৃতে নেহ মর্ত্ত্যেনাপ্নোতি মাঽমৃতম্ ॥
(ভা ১১।২৯।২২)

"সংসারসিদা অসত্য, মিথ্যা ওইবা অমসুং মাঙগদবা মীওইবগী হকচাং অসিনা মরম ওইদুনা
ত্য অমসুং অমর ওইবা পরমাত্মা কৃষ্ণ ঐবু ফংবা ঙম্নসি লৌশিংশিং বা মীশিংগী লৌশিংনি
ামসুং অফ ফত্ত রাখল খনবা মীশিংগী অকুপ্পা রাথলনি।" মরমদি ইবুংঙো মাবু ফংদ্রিবা মতম
মতুপকী মথৈ অরাবগী মশক ওইবা হকচাং অসিবু শোয়দনা ফংদুনা লৈগদবনি। মফম
াসিদা শ্রীভগবান্না হকচাং অসিবু অরাবগী মশকমক নত্রবসু অরাবগী মশক্কি হায়বগী মরমদি
রাবা ফংববা মফম ওইবদগী হায়বনি— "ভোগায়তনং শরীরম্"। "পাপ পুণ্যগী মহৈ ওইবা
াবা নুংঙাই ফংফম মফমবু হকচা কৌই।" অদুগা "লোক" হায়বা রাহৈ অসিগী অর্থসু
কচাংনি। "লোক্যতে ভুজ্যতে অনেন কর্ম্মফলম্ ইতি লোকম্ শরীরম্"— "মদুনা মরম
মফম) ওইদুনা কর্ম্মগী মহৈ ফংলিবা অদুবু লোক (হকচাং) কৌই।" অসিগুম্বা মীওইবগী
কচাং অসি ফংলগা অরেম্বদা মতম মাঙহনগনু মতম খরদং হিংদুনা লৈরিঙৈসিদা কম্না হোৎনদুনা
জন তৌরগা শ্রীভগবানবু ফংবা ঙমউ হায়না ইবুংঙো মহাক্না তাকপিরিবনি ॥ ৩৩ ॥

হৌজিক ভজনদুবু করম্না তৌগদগে হায়বহ অস্মুম্না তাকপিরি—

মন্মনা ভব মদ্ভক্তো মদ্যাজী মাং নমস্কুরু ।
মামেবৈষ্যসি যুক্ত্বৈবমাত্মানং মৎপরায়ণ ॥ ৩৪ ॥

ইতি শ্রীমদ্ভগবদ্গীতাসূপনিষৎসু ব্রহ্মবিদ্যায়াং যোগশাস্ত্রে শ্রীকৃষ্ণার্জ্জুনসংবাদে
রাজবিদ্যারাজগুহ্য যোগো নাম নবমোঽধ্যায় ॥ ৯ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা:**— মন্মনা = সাক্ষাৎ পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐঙোন্দা পুক্নীং থিংজিনবা, মদ্ভক্ত — কৃষ্ণ
গী ভক্তি তৌবা, মদ্যাজী — নিষ্কাম কর্ম্মশিংনা কৃষ্ণ ঐগী সেবা তৌবা, ভব — নহাক ওইয়ু,

অহুগা—মা৲ নমস্কুরু—কৃষ্ণ ঐবু খুরুমজো, এব৲—মতৌ অসুম্না, আত্মান৲ যুক্ত্বা=মনবু (পুক্নী৲বু) ঐঙোন্দা থি৲জিন্দুনা, মৎ পরায়ণ—কৃষ্ণ ঐমক্তবু অথোইবা য়ৌনকমনি (ফ৲কম ওইবনি) লেপ্লগা নহাক্না, মা৲ এব—কৃষ্ণ ঐমক্তবু, এষ্যসি=ফ৲গনি। ৩৪।

**অপুনবা অর্থ :**— কৃষ্ণ ঐঙোন্দা পুক্নী৲ থম্না, কৃষ্ণ ঐগী ভক্তি তৌবা, অহুগা নিষ্কাম কর্ম্মশি৲না কৃষ্ণ ঐগী সেবা তৌবা নহাক ওইয়ু অমসুং কৃষ্ণ ঐবু খুরুমজহুনা লৈয়ু। মতৌ অসুম্না পুক্নী৲বু কৃষ্ণ ঐঙোন্দা থি৲জিন্দুনা কৃষ্ণ ঐমক্তবু অথোইবা য়ৌনকমনি লেপ্লগা নহাক্না কৃষ্ণ ঐমক্তবু ফ৲গনি ॥ ৩৪ ॥

মতৌ অসুম্না শ্রীভগবান্না শকপা উপনিষৎশি৲দা, ব্রহ্মবিদ্যাগী মশক ওইবা যোগশাস্ত্রগী মনু৲দা, অর্জ্জুন অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী নাহ৲ পাউখুম ওইনা ঙাংনবদা "রাজবিদ্যা রাজগুহ্যযোগ" কৌবা মাপনগুবা অধ্যায়গী স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিনা ইবা অথূপ্পা বাগা লোয়নবা অন্বয় ব্যাখ্যা লোইরে ॥ ৯ ॥

—ॐ—



# শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতা

## ( দশমোঽধ্যায়ঃ )

## তরাশুবা অধ্যায়

তরাশুবা অধ্যায় অসিগী মমিং "বিভূতিযোগ" নি। অধ্যায় অসিদা খরা হন্দবা অদুগা মোক্ষদি ফংনবীংবা উপাসকশিংগী উপাসনা অমস্তুং উপাসনাগী মহৈবু তাকনি অদুগা শ্রীভগবান মশামক্কী বিভূতিশিংবুস্তু ( মতীক মগুণশিংবুস্তু ) হায়গনি। মহুদা শ্রীভগবান্না অর্জুনগী পুক্নীংবু থৌগত্তনা অহানবদা অস্নুম্না হায়রি—

শ্রীভগবানুবাচ

ভূয় এব মহাবাহো শৃণু মে পরমং বচঃ।
যত্তেঽহং প্রীয়মাণায় বক্ষ্যামি হিতকাম্যয়া ॥ ১ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা**:— শ্রীভগবান উবাচ=শ্রীভগবান্না হায়বিখি, মহাবাহো—পান্থোম চাউবা হে অর্জুন। ভূয় এব=অমুকস্তু হন্না মে=কৃষ্ণ ঐগী পরমং বচ—অথোইবা য়াসিবু, শৃণু=পুক্নীং চংনা তাও প্রীয়মাণায়—কৃষ্ণ ঐগী পাউতাক তাবদগী পেল্লবা, তে=নহাক্কীদমক হিতকাম্যয়া= য়াইফবা ফংহন্নীংবা মরম্না অহ =কৃষ্ণ ঐনা, যৎ—মহুবু বক্ষ্যামি=হায়গে। ১।

**অপুনবা অর্থ**:— শ্রীভগবান্না হায়বিখি—পান্থোম চাউরবা হে অর্জুন। কৃষ্ণ ঐগী অথোইবা য়াসিবু অমুকস্তু হন্না তাও, মসিবু ঐগী পাওতাক তাবদগী পেল্লবা নহাক্কীদমক য়াইফবা ফংহন্নীংবা মরম্না কৃষ্ণ ঐনা হায়গে ॥ ১ ॥

করি মরমগীদমক নঙোন্দগী অমুক হন্না না তাগনি? য়াইফনবা য়াশিংবুদি ব্যাস নচিংবদগী তাবা য়াই, অস্নুম্না চিংনরবদা শ্রীভগবানগী অথূপ্পা য়াবু কনা অমত্ত খঙদে হায়রসিবু অস্নুম্না তাক্লি—

ন মে বিদুঃ সুরগণাঃ প্রভবং ন মহর্ষয়ঃ।
অহমাদির্হি দেবানাং মহর্ষীণাং চ সর্ব্বশঃ ॥ ২ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা**:— সুরগণাঃ=ইন্দ্র-নচিংবা লাইশিংনা মে সাক্ষাৎ পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐগী, প্রভবং—তোবা ওন্বা ঈতীক ঈশ্বণবু নত্রগা পোকপগুম ফোংদোকপবু, ন বিদু—করিমত্ত খঙদে,

ন মহর্ষয় =মতৌ অহুম্না ভৃগু নচি়্বা মহর্ষিশিং নস্লু খঙদে, হি—মসিগী মরমদি—দেবানাং=ইন্দ্র নচিংবা দেবতাশিংগী, চ—অমস্লুং, মহর্ষিণাং—ভৃগু নচিংবা মহর্ষিশিংগী, সর্বশ—হায়ম খুদিংমক্তু, অহ =বৃষ্ণ ঐসি, আদি =হৌরককম ওইহনা মকোক্লি ।২।

অপুন্না বা

শ্লোক অসিদা লাকইবা "প্রভব" হায়বা বাহৈ অসিগী অর্থ অনীনি। অহানবা অর্থদি—শ্রীভগবানগী লৈশেম্ব নচিংবা (সৃষ্টিনচিংবা) তৌবা ঙম্বা মতীক মগুণ অহুগা অনীগুবা অর্থনা—শ্রীভগবান পোকপা নাইদ্রবস্লু পোকপগী মতৌগুম্না ওইবা অসিনি। শ্রীভগবান্দা ওইরিবা অর্থ অনীসিবু ইন্দ্র নচিংবা দেবতা অমস্লুং ব্যাস ভৃগু নচিংবা মহর্ষিশি কনা অমত্তনা খঙবা ঙমদে। মরমদি মখোয় পুম্নমক অসিগী মকোক ওইবা মরম (কারণ) ওইনা অহানবদা শ্রীভগবান মতৌমতা লৈরমই। লাইশিং অমস্লুং মহর্ষিশিংদি ইবুংঙো মানা কোম্না মতুংদা শেম্বা ঙাক্লনি। মতুংদা ওইবনা অহানবা লৈরম্বগী অশেংবা তত্ত্ব খঙবা হৌনদে হায়বসি লেঙদবা নিয়মনি। মরম অসিনা শ্রুতিনস্লু অস্তুম্না হায়রি— "ন জানন্তি সুরা সর্ব্বে সর্ব্ব কারণকারণম্" (প ব্র উ ৯)— লাই পুম্নমক মরম পুম্নমকীস্লু মরম ওইবা পরব্রহ্মগী তত্ত্ব খঙদে।" দেবতা নচি বা পুম্নমক ইব ঙো মঙোন্দগী পোকপা ঙাক্লনি হায়বসিবুস্লু অস্তুম্না হায়রি— "তস্মাচ্চ দেবা বহুধা সম্প্রসূতা" (মু উ ২।১।৭)— পরমাত্মাতত্ত্ব অহুদগী লাই পুম্নমক পোকখি।" "যস্মিন্ যুক্তা ব্রহ্মর্ষয়ো দেবতাশ্চ" (শ্বেত উ ৪।৫)— "পরমাত্মতত্ত্ব অহুদা ব্রহ্মর্ষিশিং অমস্লুং লাইশিং চঙজহুনা লৈবা ঙাক্লনি" ॥২।

ইবুংঙো নহাকী তৌবা ঙম্বা নতীক নগুণ নচিংবা অসিবু নশামক্লা তাক্লুনা খঙলগা করি কান্নগদগে হায়বহুবু অস্তুম্না তাক্লি—

যো মামজমনাদিং চ বেত্তি লোকমহেশ্বরম্॥
অসংমূঢ়ঃ স মর্ত্ত্যেষু সর্ব্বপাপৈ প্রমুচ্যতে ॥৩॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা**ঃ— য =মী অহুনা লোকমহেশ্বরং—লোক পুম্নমকী থায়দগী চাউবা মপু ওইনা লৈবা, মাং=সাক্ষাৎ পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐবু, অনাদিং—কৃষ্ণ ঐগী পোক্লবা অতোপ্পা কারণ (মরম) অমা লৈতে, চ=অমস্লু, অজং—পোকপা নাইদবনি, বেত্তি—অস্তুম্না খঙই স=অহুগুম্বা মহাক অহু, মর্ত্ত্যেষু=মীওইবশি গী মনুংদা, অস মূঢ =তৌফম খঙদনা লৈবা থাদোকপদগী চিংনবা পুম্নমক মাঙখিহুনা, সর্ব্বপাপৈ =পাপ পুম্নমক্লগী প্রমুচ্যতে=নাম্বোকই ॥৩॥

**অপুন্না অর্থ**—মী অহুনা, লোক পুম্নমকী থায়দগী চাউবা মপু ওইবা কৃষ্ণ ঐবু ঐগী পোক্লবা অতোপ্পা কারণ অমা লৈতে অমস্লুং পোকপা নাইদবনি হায়না খঙই। অহুগুম্বা মহাক অহু মীশিংগী মনুংদা তৌফম খঙদনা লৈবা থাদোকপদগী চিংনবা লৈতহুনা পাপ পুম্নমক্লগী পুমকোক কোকই ॥৩॥

## অথুপ্পা রা

ইবুংঙো মহাক খ্বায়দগী ইহেন হেন্না চাউবা মপুনি হায়রবসিগী মরমদা শ্রুতিনা অস্মুন্না হায়রি— "তমীশ্বরাণাং পরমং মহেশ্বরং (শ্বেত উ ৬।৬)— "মপু ওইবা মীশিংগী মন্নুংদা খ্বায়দগী হেন্না চাউবা মপু ওইনা লৈবা পরমাত্মা অদুবু ঐখোয়না খঙই।"

মহাকপু পোকুবা কারণ অমত্ত লৈতে হায়রবসিবুস্মু অস্মুন্না হায়রি— 'ন চাহস্য কশ্চিজ্জনিতা নাহধিপং" (শ্বেত উ ৬।৯) 'মহাকপু পোকপা কনা অমত্ত লৈতে অদুগা মাগী মপুস্মু কনা অমত্ত লৈতে" ॥ ৩ ॥

শ্রীভগবান্না মথক্কী শ্লোকতা মহাক লোক পূম্নমক্কী অথোইবা মপুনি হায়খিবদুবু হৌজিক শন্দোক্লা শ্লোক অনীনা অস্মুন্না তাক্লি—

> বুদ্ধিজ্ঞানমসংমোহং ক্ষমা সত্যং দমং শম ।
> সুখংদুংখং ভবোহভাবো ভয়ং চাহভয়মেব চ ॥ ৪ ॥
> অহিংসা সমতা তুষ্টি স্তপো দানং যশোহযশং।
> ভবন্তি ভাবা ভূতানাং মত্ত এব পৃথগ বিধাং ॥ ৫ ॥

**অন্বয ব্যাখ্যা ঃ**— বুদ্ধি =করিগুম্বা পোং অমবু তশেংনা অয়েপ্পা ওইনা খঙবা, জ্ঞান — আত্মা অমস্মু আত্মা নত্তবা পোংশিংবু খংবা অসংমোহ =খঙগদবা অমস্মু তৌগদবা থবক লাক্লবদা পুক্নীং লাঙতক্নদনা মতু পাঙথোক্লবা ফোংনবা ক্ষমা=অতোপ্পা মীনা ফত্তবা অমস্মুং অরানবা তৌরবস্মু ঙাকপিদুনা লৈবা সত্যং=অচুম্বা রা ঙাঙবা দম —মপাস্থোংগী মীংনচিবা ইন্দ্রিশিংবু মখোযনা লৌগদবা পোং (বিষয়) শিংদগী লাকশিন্দুনা থম্বা, শম =মনবু (পুক্নীংবু) বিষয়শিংদা চঙহন্দনা থম্বা, সুখং—নুংঙাইবা দুখং=অরাবা ভব —পোকপা নত্রগা লৈবা, অভাব =রাংপা নত্রগা লৈতবা চ=অদুগা, ভয়ং—অকিবা, চ=অমস্মুং অভয এব=কিদবমক ॥ ৪ ॥ অহিংসা=কনাগুম্বা জীব অমত্তবু অরা অনা পীদবা সমতা — অরা নুঙাইবদা মনগী লেঙদনা অমত্ত ওইবা ফীবম তুষ্টি—পেনবা তপ —হকচাং অমস্মুং ইন্দ্রিয নচিংববু লাকশিন্দুনা শাস্ত্রনা তাকপা মতুং ইন্না চন্না হেনব নচিংবা তৌবা, দানং—করিগুম্বা পোং অমগী মপু ওইবা থাদোক্লনা অতোপ্পা কনাগুম্বা অমবু মপু ওইহনবা, যশ —অফবা থবক তৌবদগী ফংবা অফবা মিংচং অসিনচিংবা ভূতানাং=অচং চত্ত জীব পূম্নমক্কী, পৃথগ বিধা ভাবা =মথল মথা অয়াম্বা থবকশিংসি, মত্ত এব—পূম্নমক্কী মশক ওইবা কৃষ্ণ ঐন্দোম্বগীমক, ভবন্তি = ওইরিবনি ॥ ৫ ॥

**অপুনবা অর্থ ঃ**— করিগুম্বা পোং অমবু অয়েপ্পা ওইনা খঙবা, আত্মা অমস্মুং আত্মা নত্তবশিং তোঙান তোঙান খঙবা, পুক্নীং লাঙতক্নদনা লাকইবা থবকপু পাঙথোক্লবা হোংনবা, অতোপ্পগী অরানববু ঙাকপিবা, অচুম্বা রা ঙাঙবা, ইন্দ্রিয় খুদুম চনবা, মন (পুক্নীং) লাকশিনবা, নুঙাইবা,

অরাবা, লৈবা, কিবা, কিদবা, জীবশিংবু অরা অনা পীদবা, অরা নুংঙাইবদা পুক্নীং লেঙদবা অমত্ত ওইবা লৈবা, পুক্নীং পেনবা, তপ তৌবা, দান তৌবা, অফবা মি চং ফংবা অসিনচিংবা জীব পুম্নমকী মথল মথা অযান্না থবকশি সি কৃষ্ণ ঐঙোনমক্তদগী ওইবা ঙাক্তনি ॥ ৪ ৫ ॥

## অথূপ্পা বা

মথকী শ্লোক অনীসিদা শ্রীভগবান্না অস্মুম্না তাকখ্রে— মতুদি জীব খুদিংমক্ত ফেংদোক্লা লৈরিবা বুদ্ধি নচিংবা পুম্নমকসি ইবুংঙো মঙোন্দগী পোকখিবা ঙাক্তনি মঙোন্দগী নত্তে। মরম অসিনা মী অতুনা বুদ্ধি নচিংবা হায়রিবসিবু মাগীনি খন্দুনা মতুগী মতুং ইন্না থবক তৌরবদি মহাক সংসারদা পুন্দুনা লৈ হায়বদি পোক্ল শিরা তৌতুনা লৈ। অতুগা ভক্ত ওইবা মীনা বুদ্ধি নচি বা মখোযশিংসির ইবুংঙো মঙোন্দগী ওইরকপা মরম্না ইবুংঙো মাগী মতীক মগুণমক্লি ( বিভূতিমক্লি ) মঙোন্দগী অতোপ্পা নত্তে খঙতুনা উপাসনা তৌরবদি হায়রিবা পুম্নমকসি সাধন ( উপায় ) ওইবা মরমদগী মহাক্লা মোক্ষ ফংবা ঙমই। মরম অসিনা বুদ্ধি নচিংবা পুম্নমকসিদা ঐগীনি হায়বা রাখল থাদোক্লগা মসি পুম্নমকসি শ্রীভগবানগী বিভূতি ( মতীক মগুণ ) ঙাক্তনি লেপ্তুনা ইবু ঙো মাগী ভজন তৌগদবনি ॥ ৪ ৫ ॥

হকচাং মনু গী বুদ্ধি নচিংবা অসিদা নত্তনা মপান থো দা উরিবা পুম্নমক অসিস্থু ইবু ঙো মঙোন্দগী ওইরকপা ঙাক্তনি হায়বসিবু অস্মুম্না তাক্লি—

> মহর্ষয সপ্ত পূর্ব্বে চত্বারো মনবস্তথা।
> মদ্ভাবা মানসা জাতা যেষাং লোক ইমাঃ প্রজাঃ ॥ ৬ ॥

**অন্বয ব্যাখ্যা ঃ—** সপ্ত মহর্যয় — ভৃগু, মরীচি, অত্রি পুলস্ত্য পুলহ, ক্রতু অমস্থুং বশিষ্ঠ— মহর্ষি তরেৎ, পূর্ব্বে চত্বার — মখোয়শি সিগী মমাঙদা হৌখিবা— সনৎকুমার, সনাতন সনক অমস্থুং সনন্দ মখোয় মরি, তথা=মতৌ অতুম্না মনব — স্বায়ম্ভু স্বারোচিষ, উত্তম, তামস রৈবত, চাক্ষুষ, বৈবস্বত, সাবর্নি দক্ষসাবর্নি, ব্রহ্মসাবর্নি ধর্ম্মসাবর্নি, রুদ্রসাবর্নি, দেবসাবর্নি অমস্থুং ইন্দ্রসাবনি কৌবা মনু তরামরি, মদ্ভাবা — কৃষ্ণ ঐগী বিভূতি (তৌবা ঙম্বা ইতিক ইগুণ) ওইনা মখোয় পুম্নমকসি, মানসা জাতা — কৃষ্ণ ঐনা নীংবমক্তদা পোকখিবনি যেষাং — হায়রিবা মখোয়শিংগী, লোকে — লোক অসিদা, ইমা প্রজা — উরিবা পুম্নমকসি মচা মশু ঙাক্তনি ॥ ৬ ॥

**অপূনবা অর্থ ঃ—** ভৃগু নচিংবা মহর্ষি তরেৎ, মখোয়গী মমাঙদা হৌখিবা সনৎকুমার নচিংবা মরি, মতৌ অস্মুম্না স্বায়ম্ভুব নচিংবা মনু তরামরি মখোয় পুম্নমক অসি কৃষ্ণ ঐগী তৌবা ঙম্বা মতীক-মগুণ ওইনা কৃষ্ণ ঐনা নীংবমক্তদা পোকখিবনি। ঐখোয়না হৌজিক পৃথিবীদা উরিবা পুম্নমকসি হায়রিবা মখোয়শিংসিগী মচা মশু ঙাক্তনি।

## অথূপ্পা বা

মতৌ অসুম্না হকচাং মনুংগী বুদ্ধি নচিংবা পূম্নমক অহংগা মপানগী লেঙলি পাল্লিবা তাইবঙ পুম্নমক অসি শ্রীভগবানগী মতীক মগুণ ওাক্তনি, অশেংবদা ভগবান্দগী অতোপ্পা কৰিগুম্বা অমত্ত লৈতে। ইবুংঙো মাগী তৌবা ওস্বা মতীক মগুণনা মরম ওইদুনা ময়াম ওইনা উবনি— অসুম্না পুক্নীংদা লেপ্তুনা উৰিবা অমসুং খঙলিবা পুম্নমকসিদা ইবুংঙো মাগী রূপ (মওঙ) য়েংদুনা উপাসকনা উপাসনা তৌগদবনি হায়বসি মনুংগী অথূপ্পা রানি ।৬।

উৰি খঙলিবা পুম্নমকসিবু শ্রীভগবানগী রূপনি অমসুং ইবু ংঙো মাগী তৌবা ওস্বা মতীক মগুণনি হায়না খঙদুনা উপাসনা তৌৰিবা অহংগী করি মহৈ ওইগদগে হায়বহ হৌজিক অসুম্না তাক্লি—

এতাং বিভূতিং যোগঞ্চ মম যো বেত্তি তত্ত্বতঃ।
সোঽবিকম্পেন যোগেন যুজ্যতে নাত্র সংশয়ঃ॥ ৭॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — য = মী অহনা হায়বদি উপাসক অহনা মম = কৃষ্ণ ঐগী এতাং = মরিগুবা শ্লোকতগী তরুকশুবা ফাওবদা হায়খিবা বুদ্ধি নচিংবা অমসুং ভৃগু নচি যা পুম্নমকসিগী মশক ওইনা ফোংদুনা লৈবা মতীক মগুণ চ — অমসুং যোগ = মখোয়বু শেম্নবা তৌবা ওস্বা শক্তিসিবু, তত্ত্বত = অচম্বা ওইনা তশেং তশেংনা, বেত্তি = খঙই, স = অহংগুম্বা মহাক অহ অবিকম্পেন = লেঙদবা যোগেন — সমাধি যোগগী মশক ওইবা জ্ঞাননা, যুজ্যতে = তিন্দুনা লৈ, অত্র = মসিদা ন সংশয় = কৰিমত্ত চিংনবা লৈতে ॥ ৭ ॥

অপূনবা অর্থ — মথক্তা হায়খ্রিবা বুদ্ধি নচিংবা মতীক মগুণ অমসুং মখোয়বু শেম্নবা কৃষ্ণ ঐগী তৌবা ওস্বা শক্তিসিবু তশেং তশেংনা খঙলবা মী অহ লেঙদবা সমাধিযোগগী মশক ওইনা জ্ঞানা তিন্দুনা লৈ, মসিদা কৰিমত্ত চিংনফম লৈতে ॥ ৭॥

## অথূপ্পা বা

হকচাংগী মনুং চম্না লৈখ্রিবা বুদ্ধি নচিংবা অমসুং হকচাংগী মপান্থোংদা উৰিবা লেঙলি পাল্লিবা তাইবঙ পুম্নমকসি শ্রীভগবানগী তৌবা ওস্বা মায়াগী মশক ওইবা শক্তি ওাক্তনি, মহৃদগী অতোপ্পা অমা নত্তে, মুপ্পা ভগবান্দা মায়া শক্তিহনা উহনবা ওাক্তনি। অসিগুম্বা জ্ঞানসিবু শ্লোক অসিদা "লেঙদনা' লৈবা সমাধিগী মশক ওইবা জ্ঞানি" তাক্লি। উপাসক অহনা উপাসনা তৌনা তৌনা জ্ঞান অসিবু ফংবা ওয়বদি মহাক শ্রীভগবান্দ তিন্দুনা লৈবসি শোয়দবনি। মরমদি মতম অহংদা মাগী মীৎয়েংদা ব্রহ্ম নত্তনা অতোপ্পা পোং অমত্ত উদে। য়েংউ য়েংউবা পোংতা উপাদান ওইবা (শা-নবা পোংচাক) ব্রহ্মমত্তবু উই। মসিবু শ্রুতিনসু অসুম্না হায়রি—

উপাদানং প্রপঞ্চস্য ব্রহ্মণোঽন্যন্ন বিদ্যতে।
তস্মাৎ সর্ব্বপ্রপঞ্চোঽয়ং ব্রহ্মৈবাস্তি ন চেতরৎ ॥
(যো শি উ ৭।১৯)

"শব্দোক্তনা লৈরিবা তাইবঙসিগী উপাদান কারণ (শানবা মচাক) ব্রহ্মদগী অতোপ্পা অমা নত্তে। মরম অসিনা তাইবঙ পুম্নমকসি ব্রহ্মমকনি অতোপ্পা অমা নত্তে।"

মসিগী খুদম ওইনা হায়রবদি— চফুগী মচাক ওইবা মরম লৈপাক্নি মরম অসিনা লৈপাক্কগী অতোপ্পা চফু কৌবা অমা লৈতে মতৌ অদুম্না মফমসিদস্ মশাগদবনি। মসিবু ভগবান্না অহানবদস্ অস্থুম্না হায়রে— "মত্ত পরতরং নান্যৎ কিঞ্চিদস্তি"— "ঐঙোন্দগী খোইনা হেনবা অতোপ্পা পোৎ অমত্ত লৈতে।" "বাসুদেব সর্ব্বমিতি" (গী ৭।১৯)— "পুম্নমকসি বাসুদেব ভগবাননক্নি"।৭।

করম্বা মওঙগী মতীক মগুণ অমস্থু সমাধিগী মশক ওইবা জ্ঞাননা মরম ওইদুনা লেঙদবা জ্ঞান ফ বগে হায়বদু হৌজিক শ্লোক মরিনা তাক্লি—

অহং সর্ব্বস্য প্রভবো মত্তঃ সর্ব্বং প্রবর্ত্ততে।
ইতি মত্বা ভজন্তে মাং বুধা ভাবসমন্বিতা ॥ ৮ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — অহং সাক্ষাৎ পরব্রহ্মগী মশক ওইরবা কৃষ্ণ ঐ সর্ব্বস্য=অচৎ চত্ত তাইবঙ পুম্বসিগী, প্রভব =(শানবা) মচাক অমস্থং শাবিবা মীশক ওইনা হৌরককনি, মত্ত = পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐঙোন্দগী (কৃষ্ণ এনা মরম ওইদুনা) সর্ব্বং প্রবর্ত্ততে=পুম্নমকসি মশা মশাগী মর্য্যাদা কায়দনা চত্তুনা লৈরিবনি ইতি মত্বা—অস্থুম্না খল্লগা (লেপ্লগা) বুধা—লৌশি তাবা মীশিংনা ভাবসমন্বিতা =পরমার্থ তত্ত্ব লৌবগী মশক ওইবা ভাবনাগা (প্রেমগা) লোয়ননা মাং=পরব্রহ্মগী মশক ওইবা কৃষ্ণ ঐবু, ভজন্তে=ভজন তৌই (মী ঈ)।৮।

**অপূনবা অর্থ**:— পরব্রহ্ম কৃষ্ণ ঐ অচৎ চত্ত তাইবঙপুম্বসিগী হৌরকফম ওইবা মরম্নি অদুগা কৃষ্ণ ঐঙোন্দগী পুম্নমকসি মশা মশাগী মর্য্যাদা কায়দনা চংলিবনি— অস্থুম্না লেপ্লগা লৌশিং তাবা মীশিংনা পরমার্থ তত্ত্ব লৌবগী মশক ওইবা ভাবনাগা লোয়ননা পরমেশ্বর ঐবু ভজন তৌই (মীং ঈ) ॥৮॥

**অথূপ্পা বা**

মসিদা হায়রিবা বা অসিবু মথক্তস্ অস্থুম্না হায়রে— "**অহং কৃৎস্নস্য জগতঃ প্রভব প্রলয়স্তথা**" (গী ৭।৬)— "কৃষ্ণ ঐ অসি জগৎকী হৌরকফম্নি অদুগা মতৌ অদুম্না প্রলয় (লয় মাঙবা) মতমদা চঙজফম্নি। মতৌ অদুম্না শ্রুতিশিংনস্ অস্থুম্না হায়রি— **ময্যেব সকলং জাতং ময়ি সর্ব্বং প্রতিষ্ঠিতম্**" (কৈ উ ১।১৯)— "ঐঙোনমক্তদা তাইবঙ পুম্নমকসি পোকপনি অদুগা ঐঙোন মক্তদা পুম্নমকসি চঙজদুনা লৈরিবনি।" "**ব্রহ্মৈবেদং বিশ্বমিদং বরিষ্ঠম্**" (মু উ ২।২।১১) "তাইবঙ পুম্বসি ব্রহ্মনক্নি, অসিগুম্বা ব্রহ্মসি থ্রায়দগী অথোইবনি।" মরম অসিনা পুম্নমকসিবু ব্রহ্ম ভাবনা তৌদুনা ইবুংঙো মাবু নীংগদবনি, মদুগুদা অরান্-খুবম ফংগদবনি। পুরাণনস্

হায়রি— "হরিরেব জগৎ জগদেব হরি" হায়বদি হরিতনা জগৎসি ওইরিবনি অহুগা জগৎ পুম্নমকসি হরিতনা ওইবনি ॥ ৮॥

পরমার্থ তত্ত্ব লৌবগী মশক ওইবা ভাবনাগা লোয়ননা জ্ঞানী ওইবা ভক্তশিংনা করম্না ভজন তৌই হায়বহুবু অস্নুম্না তাক্লি—

মচ্চিত্তা মদগতপ্রাণা বোধযন্তঃ পরস্পরম্।
কথয়ন্তশ্চ মাং নিত্যং তুষ্যন্তি চ রমন্তি চ ॥ ৯॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা :—** মচ্চিত্তা =পরমেশ্বর ভগবান ঐঙোন্দা পুক্নী থিংজিন্দুনা থম্নবা, মদ্গতপ্রাণা =কৃষ্ণ ঐঙোন্দা মখোয়গী মথ্নায় কথোক্লুনা ঐবুতা নীহুনা লৈরবা, মাং=পরব্রহ্ম কৃষ্ণ ঐমক্তবু পরস্পরং—লেংমান্ননা খঙহৈবা অমনা অমবু বোধযন্ত =শ্রুতি, যুক্তিনচিংবনা তাক্লুনা খঙহন্দুনা লৈরিবা চ=অমসুং, কথযন্ত =শিষ্য ওইবা মীশিংবু কৃষ্ণ ঐগী অথুপ্পা তত্ত্ব তম্বী-তাকপিহুনা মতম লেপ্লিবা জ্ঞানী ভক্তশিং অহু, নিত্যং=মতম পুম্নমক্তা, তুষ্যন্তি=পেন্দুনা লৈ চ=অমসুং রমন্তি=নুংঙাইবগী মশক ওইবা কৃষ্ণ ঐঙোন্দা প্রেম তৌহুনা য়াম্না নুংঙাইনা লৈ ॥ ৯ ॥

**অপুনবা অর্থ —** পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐঙোন্দা পুক্নীং থিংজিন্দুনা থম্নবা, কৃষ্ণ ঐঙোনমক্তদা, মখোয়গী মথ্নায় কথোক্লুনা ঐবুদা নীংহুনা লৈরবা অহুগা লেংমান্ননা খঙহৈবা অমনা অমবু কৃষ্ণ ঐগী মরমদা তাক্লুনা খঙহন্দুনা লৈরিবা অমসুং শিষ্য ওইবা মীশিংদা কৃষ্ণ ঐগী অথুপ্পা তত্ত্ববু তাকপী তিকপীরিবা ভক্ত জ্ঞানীশিং অহুনা মতম পুম্নমক্তা পেন্দুনা লৈ অমসুং নুংঙাইবগী মশক ওইবা, কৃষ্ণ ঐঙোন্দা প্রেম তৌহুনা নুংঙাইবগী ঈপাক্তা তাউহুনা লৈ ॥ ৯ ॥

## অথুপ্পা বা

শ্রীভগবানন্না অশেংবা ভক্তি তৌনীংবা মীনা ময়াম তিম্নহুনা শ্রীভগবানগী মরমদা মখোয় মশোয়না খঙবা তত্ত্বগী বা পুম্নমক তাক্ল খোংনহুনা মতম লেপ্নবা হোৎনগদবনি, মহুদা অমগী বা তারগা অতোপ্পা অমা শাউবনচিংবা তৌরোইদবনি অমসুং মাদা হায়বা অহুতনা অচুম্বনি খল্লোইদবনি। মহুম্না শাউবা অমসুং খনবা খোক্লবদি মহাক ভক্তনি হায়বা য়াদে। পরব্রহ্মগী অথুপ্পা বিচার তৌবদা পুক্নীং য়াম্না লৈতানা মহ খঙনবা হোৎনগদবনি, মতোমদা হোৎনহুনা খঙগে হায়বা রাখল কদোইঙেদসু তৌরোইদবনি। পরমেশ্বরগী অথুপ্পা তত্ত্বসিবু খঙনবা হোৎনবদা অমনা অমগী মতেং শোয়দনা লৌনগদবনি। মহুতদা তত্ত্বসিবু নীংথিনা খঙবা ঙমগনি। শ্রীভগবান্না শ্লোকসিদা হায়রিবা বা অসিবু বরাহোপনিষত্তসু অস্নুম্না হায়রি।

মচ্চিন্তনং মৎকথনমন্যোন্যং মৎপ্রভাষণম্।
মদেকপরমো ভূত্বা কালং নয় মহামতে॥ (ব উঃ ২।৪৬)

"হে লৌশিং চাউবা মভূ। বয়াহগী (ওঙী) মশক ওইবা ঐবু মীংহুনা, ঐগী বারী শাহুনা, অমনা অমবু ঐগী বারী তাহন্দুনা অমস্নু ঐমক্তবু খায়দগী অথোইবনি লেপ্তুনা মতম লেন্নু।"

শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণদদি অস্সুম্না হায়রি— "পরস্পরানুকথনং পাবনং ভগবদ যশ০ (১১।৩।৩) "শ্রীভগবানগী মিংচংকী মশক ওইবা মতীক মগুণবু অমনা অমবু তাহন্দুনা লৈবসিনা পাপ কোক খিহুনা য়াম্না শেংনবগী মশক্নি।" মতৌ অস্সুম্না শ্রীভগবান্দা পুক্নীং চঙহুনা লৈবসিদগী ফংবা নুংঙাইবসিদি, সংসারগী বিষয় ভোগ তৌবনা ফংবা ঙমদে। মরম অসিনা ভক্তশিংনা শ্রীভগবানগী নুংঙাইবগী ঈপাক অহুদা তাউহুনা লৈ অমস্নু পেল্লী। শ্রুতিনস্নু অস্সুম্না হায়রি— "স মোদতে মোদনীয়ং হি লব ধ্বা" (ম উ ১।২।১৩)— "জ্ঞানী ওইবা ভক্ত অহুনা খোইদোক্না নুংঙাইবগী মশক ওইবা তত্ত্বহবু ফংলগা পেন্দুনা লৈ" ॥ ৯ ॥

মথক্তা হায়রিবা মওঙ অস্সুম্না ভজন তৌরিবা ভক্ত অহুগীদমক শ্রীভগবান্না কৃপা তৌবিদুনা করি পীবগে হায়বসিবু অস্সুম্না তাক্নি—

তেষাং সততযুক্তানাং ভজতাং প্রীতিপূর্ব্বকম্।
দদামি বুদ্ধিযোগং তং যেন মামুপয়ান্তি তে॥ ১ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— সততযুক্তানাং=মতম পুম্নমক্তা কৃষ্ণ ঐগী ইফমদা পুক্নীং থিংজিন্দুনা লৈরিবা, মরম অসিনা—প্রীতিপুর্ব্বকম=য়াম্না পেনবা অমস্নুং নুংশিবগা লোয়নবা, ভজতাং—ভজন (সেবা) তৌহুনা লৈরিবা, তেষাং=অহুগুম্বা ভক্ত অহুগীদমক তং বুদ্ধিযোগ =শ্রীভগবানগী মশক ওইবা জ্ঞানযোগ অহুবু দদামি—কৃষ্ণ ঐনা পীবি যেন=জ্ঞানযোগ অহুনা মরম ওইহুনা তে= জ্ঞানীশিং অহুনা, মাং উপয়ান্তি—কৃষ্ণ ঐঙোন্দা তিনশিনখিবগী মশক ওইবা মোক্ষবু ফ ই। ১।

অপুনবা অর্থ ঃ— মতম পুম্নমক্তা কৃষ্ণ ঐঙোন্দা পুক্নীং থিংজিন্দুনা লৈরিবা অমস্নুং য়াম্না নুংশিবগা লোয়ননা কৃষ্ণ ঐগী সেবা তৌরিবা মখোয় ভক্তশিং অহুগীদমক তত্ত্ব জ্ঞানগী মশক ওইবা জ্ঞানযোগ অহুবু কৃষ্ণ ঐনা পীব্বি, মহুনা মরম ওইহুনা মখোয়না (জ্ঞানী ভক্তশিং অহুনা) কৃষ্ণ ঐবু ফংই ॥ ১ ॥

শ্রীভগবান্দা পুক্নীং লেপ্তুনা নীংলিবা ভক্তশিংগী মকমদা পীবিরিবা জ্ঞানযোগ অমস্নুং মহুদগী ফংগদবা ভগবানগী মশক ওইবা মোক্ষ, অনীসিগী মরক্তা ওইগদবা থৌদোকপু শ্রীভগবান্না অস্সুম্না তাক্নি—

তেষামেবানুকম্পার্থ মহমজ্ঞানজং তমঃ।
নাশয়াম্যাত্ম ভাবস্থো জ্ঞানদীপেন ভাস্বতা॥ ১১॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—** তেষাং=সাক্ষাৎ পরমেশ্বর ইবুংঙো মাগী মফমদা পুক্নী লেপ্লুনা লৈরিবা ভক্ত মখোয়শিংগী অনুকম্পার্থং এব—ইবুংঙো মাগী মশক ওইবা মোক্ষ করম্না ফংগদবগে হায়রসিগী মরমদা কৃপা (থৌজাল) তৌবিগে হায়বগীদমক অহং =সাক্ষাৎ পরব্রহ্ম কৃষ্ণ ঐনা আত্মভাবস্থ — ঐবু নীংথনা লৈবদগী ঐগী ঈওংবু লৌথনা লৈরিবা ভক্তশিং অদুগী অন্তঃকরণশিংগী মনুংদা ফোংদোক্লনা লৈরগা ভাস্বতা জ্ঞানদীপেন—ঙালহোক্লনা লৈরিবা জ্ঞানগী মশক ওইবা থাউমৈনা অজ্ঞানজং তম—ইবুংঙো মাগী মশক ওইবা মশামক্কী আত্মাবু খঙদবগী মশক ওইবা অজ্ঞানদগী পোকপা সংসারগী মশক অমঙসিংগী নাশয়ামি=মাংহল্লী ॥ ১১ ॥

**অপুনবা অর্থ ঃ—** ইবুংঙো মাগী মফমদা পুক্নী লেপ্লুনা লৈরিবা ভক্তশিং অদুবু থৌজাল বিগে হায়বগীদমক পরব্রহ্ম কৃষ্ণ ঐনা ঐবু নীংথনা লৈবা মরমদগী ঐগী ঈওংবু লৌথনা লৈরবা মখোয়গী পুক্নীংগী মনুংদা ফোংদোক্লনা লৈরগা ঙালহোক্লনা লৈরিবা জ্ঞানগী মশক ওইবা থাউমৈ অদুনা মরম ওইদনা মশামকপু খঙদবগী মশক ওইবা অজ্ঞানদগী পোকপা সংসারগী মশক ওইবা অমঙবু মাংহল্লী ॥ ১১ ॥

অথুপ্পা দা

তরাশুবা শ্লোকতা শ্রীভগবান্না— মঙোন্দা পুক্নীং লেপ্লুনা মাবু নীংজনা লৈরিবা ভক্তশিংদা জ্ঞানযোগ পী (জ্ঞানগা লোয়ননা মরী লৈহল্লী) হায়খিবা অদুনা ভক্তশিংগা লোয়ননা মরী লৈনরিবা জ্ঞানদুনা ভক্তশিংগীদমক করি তৌবগে হায়বদু শ্লোকসিদা ভগবান্না তাকই। হায়রিবা জ্ঞান অসিদি সাক্ষাৎকার (শকখঙবা) ওইবা জ্ঞাননি। সাধক ওইবা ভক্তশিংনা মখোয়গী পুক্নীদা শ্রীভগবানবু শকখঙনা উথনা থকই। মাহাক্কী অহম্না খঙবগী মশক ওইবা জ্ঞান অদুদগী অশানবদা খঙদবগী মশক ওইনা লৈবস্না অজ্ঞান মাংই। অজ্ঞান অদুদি অহৌবা লৈতবা মতমদগী তৌথনা জীবগী সংসার অসিদা পোক্লিরবা তৌথনা লৈনবগী মরমনি। মরম মাংখিবা মরমদগী পোকপা শিবা নাইবা সংসারগী মশক ওইবা অমঙ্না অসিস্থু মাংখি। মদুদগী ভক্তশিংনা অবাংবগী মশক ওইবা সংসারসিবু লাংথোক্লুনা অমুক হন্না পোকপা শিবা লৈতবা শ্রীভগবানগী মশক্কা তিল্লী হায়রবদি মোক্ষ ফংই। জীবন অসিদা পাপ-পুণ্য নটিংবা অমত্ত লৈতে, সুপ্না নুংঙাইবগী মশক ওইনা লৈ। শ্রুতিনস্থু অস্মুম্না হায়রি—

ভিদ্যতে হৃদয়গ্রন্থিশ্ছিদ্যন্তে সর্ব্বসংশয়া।
ক্ষীয়ন্তে চাস্য কর্ম্মাণি তস্মিন্ দৃষ্টে পরাবরে ॥
(মু উ ২।২।৮)

"পর অমসুং অবর ব্রহ্মগী (নির্গুণ নিরাকার অমসুং সগুণ সাকার ব্রহ্মগী) মশক ওইবা আত্মাসিবু শকখঙবা খঙলবদা খঙলিবা মীহুৎগী হৃদয়গ্রন্থি (অন্তঃকরণগা লোয়ননা অমত্ত ওইনা

কিশি কিশিন্দুনা লৈরম্বত্ন ) মাঙখি ( মাঙ্হোকখি ), চিংনবা পুম্নমকস্তু কোকখি, অহুগা মী অহুগী পাপ পুণ্যগী মশক ওইবা কর্ম্ম পুম্নমকস্তু মাঙখি।"

"মহান্তং বিভুমাত্মানংমত্বাধীরো ন শোচতি"

( ক উ ২।১।৪ )— "য়াম্না পাক চাউবা, মফম পুম্নমক শীনথুংনা লৈবা অমত্ত ওইবা আত্মাবু শংশঙনা খঙলগা পুকচেল তপ্পা মী অহুনা স সারগী অৱা অনা ফংদে"। ১১॥

মতৌ অসুম্না শ্রীভগবানগী মচীন্নকুদগী ইবুংঙো মাগী তৌব। ঙস্না মতীক মগুণ অমসুং যোগবু তারগা অমুক হেন্না শুগাইনা তানীংহনা য়াম্না খোরাংবগা লোয়নবা অর্জ্জুনা অসুম্না হায়জরি—

অর্জ্জুন উবাচ

পরং ব্রহ্ম পরং ধাম পবিত্রং পরমং ভবান্।
পুরুষং শাশ্বতং দিব্যমাদিদেবমজংবিভুম্॥ ১২।
আহুস্ত্বামৃষয়ঃ সর্ব্বে দেবর্ষির্নারদ স্তথা।
অসিতো দেবলো ব্যাস স্বয়ঞ্চৈব ব্রবীষি মে। ১৩।

অন্বয় ব্যাখ্যা — অর্জ্জুন উবাচ=অর্জ্জুনা হায়জখি —ভবান্=ইবুংঙো নহাক পরং ব্রহ্ম =সাক্ষাৎ পরব্রহ্মনি পর ধাম—পুম্নমকী চঙজফম ওইবা অথোইবা চেত্তনগী মশক্তি পরং পবিত্রং—খ্বায়দগী থোইনা শেংদোকপা ঙম্বিবনি ( ভকুশিংগী পাপ মাঙহন্দুনা শেংদোকপিরগা ইবুংঙো নঙোন্দা। তিল হনবীবনি ) মরমদি ইবুংঙো নহাকী মরমদা— অসিত দেবল ব্যাস — অসিত, দেবল ব্যাস অসিনচিংবা সর্ব্বে ঋষয় — ঋষি পুম্নমক্না তথা — মতৌ অসুম্না দেবর্ষি নারদ —দেবতাশিংগী ঋষি নারদনা ত্বাং=ইবুংঙো নহাকপু শাশ্বতং পুরুষং= থরায় পানবা পুম্নমকী হৃদয়দা লেঙদনা লৈবা পরমাত্মা দিব্য =নতোমদা ভান্হোক্কুনা লৈবা চেতন আদিদেবং— ইন্দ্র নচিংবা লাই পুম্নমকী মকোক ( মরম ) ওইবা লাই, অজং=পোকপা লৈতবা, বিভুং — মফম পুম্নমক্তা শীনথুংনা লৈবনি আহু =হায়রিবনি চ — অহুগা', স্বয়ং এব — ইবুংঙো নশামক্না মে= ঐঙোন্দা ব্রবীষি=মসিবু তাক্কুনা হায়বিরি। ১২ ১৩॥

অপুনবা অর্থ :— অর্জ্জুনা হায়জখি—ইবুংঙো নহাক পরব্রহ্মনি, পুম্নমকী চঙজফম ওইবা অথোইবা চেতননি, খ্বায়দগী থোইনা শেংদোকপা ঙম্বীবনি। মতৌ অসুম্না ইবুংঙো নহাকী মরমদা অসিত, দেবল, ব্যাস নচিংবা ঋষি পুম্নমক অহুগা দেবর্ষি নারদনা ইবুংঙো নহাকপু থরায়পানবশিংগী থম্মোইদা লেঙদনা লৈবা পরমাত্মা, নশা নতোমতা ভানথোক্কুংনা লৈবা চেতন, লাই পুম্নমকী অহানবা লাই, পোকপা লৈতবা অমসুং মফম পুম্নমক্তা শীনথুংনা লৈবনি হায়রিবনি, অহুগা ইবুংঙো নশামক্তসু ঐঙোন্দ মসিবু তাক্কুংনা হায়বিরি। ১২ ১৩।

ইবুংঙো মহাক্কী মতীক মগুণবু কনা অমত্তনা মীংথিনা খঙবা ঙমদে হায়রূনা অর্জুন্না মখা অমুক হায়রি—

সর্ব্বমেতদৃতং মন্যে যন্মাং বদসি কেশব।
ন হি তে ভগবন্ ব্যক্তিং বিদুর্দেবা ন দানবা ॥ ১৪॥

অন্বয় ব্যাখ্যা —কেশব – কেশী কৌবা হি চাববু হাৎপীবা হে কেশব ( কৃষ্ণ ) ! মাং—অর্জুন ঐগী ইকমদা যৎ বদসি—হায়বিরিবসি সর্ব্বং এতৎ = মতু পুম্নমকপু ঋতং মন্যে—অচুম্বমক্কি হায় না য়াজরি ভগবন = মতীক ময়াই পুম্নমক্কা তিল্লবা হে ইবুংঙো। হি = লেপ্পমক দেবা = ইন্দ্র মচিংবা লাইশিংনা তে—ইবু ঙো মহাক্কী ব্যক্তিং = অশেংবা শক্তম অহূবু, ন বিদুঃ = খঙদে মতৌ অহুম্না—দানবা ন = হকুচাংগী পাঙ্গল য়াম্না চাউরবা রাক্ষসশিং মসু খঙদে ॥ ৪॥

অপুনবা অর্থ —হে কেশব! ইবুংঙো মহাক্কা অর্জুন ঐগোন্দা হায়বরিবা রা পুম্নমকসিবু অচুম্ব-মক্কি হায়না য়াজরি। হে ভগবন! লেপ্পমক ইন্দ্র মচি বা লাইশিংনা ইবুংঙো মহাক্কী অশেংবা মশক অহূবু খঙদে, মতৌ অহুম্না পাঙ্গল য়াম্না চাউবা হিংচাবশিংমসু খঙদে। ১৪।

ইবু ঙো মহাক্কী মতীক ময়াই অমসুং অশে বা মশক কনা অমত্তনা খঙপ্রবসু ইবুংঙো মশা মকুদি মশামকপু মীংথিনা খঙলিবনি হায়বগী মতা দা অসুম্না হায়রি—

স্বয়মেবাত্মনাত্মানং বেৎথ ত্বং পুরুষোত্তম।
ভূত ভাবন ভূতেশ দেবদেব জগৎপতে ॥ ১৫।

অন্বয় ব্যাখ্যা :— পুরুষোত্তম = হে নুপাশি গী মনুংদা অথোইবা ( থরায় পানবা পুম্নমক্কী খম্মোয়দা লৈরিবা চেতনবু পুরুষ কৌই অসিগুম্বা পুরুষশিংগী মনুংদা থায়দগী অথোইববু পুরুষোত্তম কৌই )। হৌজিক ইবুংঙো মহাক নুপাশিংগী মনু দা থায়দগী অথোইবা ওইবগী মরম তাক্কনা সম্বোধন মরি অমা পীহূনা কৌরি— ভূতভাবন—থরায়পানবা পুম্নমক্কী মপা ওইহূনা লৈবিরিবা হে ইবুংঙো। ভূতেশ—থরায়পানবা পুম্নমক্কী মপু ওইহূনা লৈরিবা হে প্রভু! দেবদেব = লাইগীসু লাই ওইরিবা হে ইবুংঙো। জগৎপতে—তাইবঙ পুম্ববু ঙাকপি শেমবিহূনা মপু ওইবীরিবা হে খোঁজাল হৈবা! ত্বং—ইবুংঙো মহাক্কা স্বযং এব—অতোপ্পগী মতেং লৌদনা মশা মতোমদনা আত্মনা = মশাগী অশেংবা মশক্কা আত্মানং = নিগু ণ নিরাকার অমসুং সগুণ সাকার ওইবা মশকপু, বেৎথ = খঙলিবনি ॥ ১৫ ॥

অপুনবা অর্থ ।— হে নুপাশিংগী মনুংদা অথোইবা! থরাযপানবা পুম্নমক্কী মপা ওইহূনা লৈরিবা হে ইবুংঙো! থরায়পানবা পুম্নমক্কী মপু ওইহূনা লৈরিবা হে প্রভু! লাইশিংগীসু লাই ওইরিবা হে ইবুংঙো! অহূগা তাইবঙপুম্ববু ঙাকপি শেমবিহূনা মপু ওইনা লৈবা মরমদগী হে খোঁজাল হৈবা। ইবু ঙো মহাক্কা মশা মতোমদনা মশাগী অশেংবা মশক্কা মশাবু মুম্না খঙলিবনি।১৫॥

শ্রীভগবানগী মতীক মগুণশিংবু কনা অমত্তুনা নীথিনা খঙবা ঙমদবদগী ইবুঙো নশামক্না মহুশিংহুবু শন্দোক্না তাকপিয়ু অস্মুম্না অর্জ্জুনা হায়জরি—

বক্তু মর্হস্যশেষেণ দিব্যা হ্যাত্মবিভূতয় ।
যাভির্বিভূতিভির্লোকা নিমাংস্তং ব্যাপ্য তিষ্ঠসি ॥ ১৬ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — ত্ব — ইবুঙো নহাক্না যাভি বিভূতিভি — নহাক্কী মতীক মগুণশি অহুমা মরুম ওইহুনা ইমান লোকান — পৃথিবী লোক অসি মচি বা লোক পুম্নমকসিদা ব্যাপ্যতিষ্ঠসি = শীনথুনা লৈরি (তা) দিব্যা — অচুম্বা অমকপা লৈত্রবা আত্মবিভূত = নশাগী মশক ওইরিবা নতীক মগুণশি অহুবু হি — লেপ্পমক, অশেষেণ = লেমহৌবা (নকপা) লৈতনা বক্তু অর্হসি = হায়বিবনা মতীক চায় ॥ ৬ ॥

মতীক্ মগুণশি হুবু তাৱগা অর্জ্জুন নংগী করি কান্নগনি হায়না চিন্নরবদা মহুগী পাউখুম অস্মুম্না পীরি—

কথং বিদ্যামহং যোগিং ত্বাং সদা পরিচিন্তয়ন্ ।
কেষু কেষু চ ভাবেষু চিন্ত্যোঽসি ভগবন্ ময়া ॥ ১৭ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — যোগিন — ঐশ্বর্য্য পুম্নমক্না তিন্দুনা লৈরবা হে ইবুঙো। সদা — মতম পুম্নমক্না পরিচিন্তয়ন — নীঙহুনা লৈরিবা অহং — ঐনা কথং — মতৌ করম্না ত্বা বিদ্যাম — ইবুঙো নহাকপু খঙজবা ঙমগনি চ — অহুগা ভগবন — হে ইবুঙো কেষু কেষু — করম করম্বা ভাবেষু — ইবুঙো নহুগী মতীক মগুন ওইবা পোশিংনা ময়া — অর্জ্জুন ঐনা চিন্ত্য অসি — ইবুঙো নংবু ধ্যান তৌবদা মতীক চাগনি ॥ ১৭ ॥

অপুনবা অর্থ — ঈশ্বরগী মতীক মগুণ পুম্নমক তিন্দুনা লৈরবা হে ইবুঙো! মতম পুম্নমক্না নীঙহুনা লৈরবা ঐনা করম তৌনা ইবুঙো নহাকপু খঙজবা ঙমগনি? হে ইবুঙো! নহাক্কী মতীক মগুণ ওইবা করম করম্বা পোশিংদা অর্জ্জুন ঐনা ধ্যান তৌবদা মতীক চাগনি? ॥ ৭ ॥

তরেংগুবা অমসুং মাপনগুবা অধ্যায়দা কৃষ্ণ ঐনা নহাক্কীদমক এগী ঈতীক ঈগুণশিংবু শম্নপ্না হায়রে অহুব করি মরমগীদমক অমুক হন্না তাবা পাম্নিবনো? অস্মুম্না চিংনরবদা মহুগী পাউখুমদা অর্জ্জুনা হায়রি—

বিস্তরেণাত্মনো যোগং বিভূতিং চ জনার্দন ।
ভূয় কথয় তৃপ্তিহি শৃণ্বতো নাস্তি মেঽমৃতম্ ॥ ১৮ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — জনার্দন = ফত্তবা মীশিংবু নৈহ শিবা হে ইবুঙো। আত্মন = নশাগী যোগং = পুম্নমক খঙবা পুম্নমক ঙম্বা অসিনচিবা ঈশ্বরগী গুণ চ = অহুগা বিভূতি — মখল মখা য়াম্না ফোঙদোক্লিবা মতীক মগুণশিংবু বিস্তরেণ = য়াম্না শন্দোক্না ভূয় — অমুক হন্না, কথয় — হায়বিয়ু হি = মরমদি অমৃতম্ — নহাক্কী অমৃতগী মশক ওইবা ৱা অসিবু শৃণ্বত মে — তারিবা ঐগী, তৃপ্তি ন অস্তি = অপেনবা লৈতে ॥ ৮ ॥

**অপুনবা অর্থ ঃ**— ক্ষত্তবা মীশিং বু নৈহৎপিবা হে ইবুংঙো। মশাগী ঈশ্বর ওইবগী গুণ অমসুং, মখল মথা য়াম্না ফোঙদোক্লিবা মতীক মগুণসিবু অমুক হন্না শন্দোক্না হায়বিয়ু। মরমদি ইবুংঙো মহাক্কী অমৃতগী মশক ওইবা বা অসিবু তাবীবা (অর্জ্জুন) ঐগী অপেমবা নৈতে ॥ ১৮ ॥

মতৌ অসুম্না অর্জুননা হায়জরবদা শ্রীভগবান্না মহুগী পাউখুম অসুম্না পীরি—

শ্রীভগবানুবাচ।

হন্ত তে কথয়িষ্যামি দিব্যা হ্যাত্মবিভূতয়ঃ।
প্রাধান্যতঃ কুরুশ্রেষ্ঠ নাস্ত্যন্তো বিস্তরস্য মে ॥ ১৯ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**— শ্রীভগবান উবাচ — শ্রীভগবান্না হায়বিখি—হন্ত — হোয়, কুরুশ্রেষ্ঠ = কুরু শাগৈদা অথোইবা হে অর্জ্জুন! তে = নহাক্কী মফমদা দিব্যা = অমকপা করিমত্ত নৈত্রবা আত্ম বিভূতয় = কৃষ্ণ ঐগী ফোংদোক্লুবা নৈবা ঈতীক ইগুণশিং, অহুগী মনু দা, প্রাধান্যত — মকোক মকোক ওইবা ঈতীক-ইগুণশি অহুতবু কথয়িষ্যামি — ঐনা হায়গে হি = মরমদি, মে = কৃষ্ণ ঐগী বিস্তরস্য — য়াম্না শন্দোক্না নৈবা ঈতীক ইগুণশিংগী, অন্ত = অরোইবা ন অস্তি — নৈতে ॥ ১৯ ॥

**অপুনবা অর্থ ঃ**— শ্রীভগবান্না হায়বিখি— হোয় কুরু শাগৈদা অথোইবা হে অর্জ্জুন! মহাক্কী মফমদা ঐগী অমকপা নৈত্রবা ফোংদোক্লুবা নৈবা ঈতীক ইগুণশি গী মকোক মকোক ওইবশিং অহুতবু ঐ হায়গে। মরমদি কৃষ্ণ ঐগী য়াম্না শন্দোক্লুনা নৈবা ঈতীক ইগুণশি গী (বিভূতিশিংগী) অরোইবা নৈতে ॥ ১৯ ॥

অথপ্না বা

মসিবু শ্রীমদ্ভাগবতগী মনুংদা শ্রীভগবান্না উদ্ধবকী মফমদসু অসুম্না হায়রি—

সংখ্যানং পরমাণুনাং কালেন ক্রিয়তে ময়া।
ন তথা মে বিভূতীনাং সৃজতোহণ্ডানি কোটিশঃ।
(ভা ১১।১৬।৩৯)

"মতমগী মতুং ইম্না কৃষ্ণ ঐনা পরমাণুশিংগী (য়াম্না কুপ্না মরীকশিংগী) মশীংদি থীবা ঙমই মতৌ অহুম্না ব্রহ্মাণ্ড কোটি কোটিবু শেমহুনা নৈরিবা কৃষ্ণ ঐগী ফোংদোক্লিবা ঈতীক ইগুণশিংগী (বিভূতিশিংগী) মশীংদি থীবা ঙমদে" ॥ ১৯ ॥

মথোয়শিং অহুগী মনুংদসু ধ্যান তৌবদা মতীক চাবা মতীক মগুণশিংবু অহানবদা তাও হায়না তাক্লি—

অহমাত্মা গুড়াকেশ সর্ব্বভূতাশয়স্থিত।
অহমাদিশ্চ মধ্যশ্চ ভূতানামন্ত এব চ ॥ ২ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা :—** গুডাকেশ—তুমদনা লৈবা ওয়বা হে অর্জ্জুন ! অহং—বাসুদেব কৃষ্ণ ঐ অসি, সর্ব্বভূতাশয়স্থিত আত্মা=থৱায়পানবা পুম্নমক্কী থম্মোয়দা লৈবা চেতন আত্মানি, অহং এব—কৃষ্ণ ঐমক ভূতানাং—অচৎ চত্ত থৱায়পানবা পুম্নমক্কী আদি চ=অহানবা হৌরককম ওইবা মরমনি মধ্যঞ্চ—অদুগা মরক্তা মখোয়গী হিংদুনা লৈনবগীসু মরমনি অন্ত চ=অদুগা মাঙবা মতমদা চঙজ্রফম ওইনা লৈনবা মরমসু ঐনি ॥ ২ ॥

**অপূনবা অর্থ °—** তুমদনা লৈবা ওয়বা হে অর্জ্জুন ! কৃষ্ণ ঐসি থৱায়পানবা পুম্নমক্কী থম্মোয়দা লৈবা চেতন আত্মানি অদুগা কৃষ্ণ ঐমক অচৎ চত্ত থৱায়পানবা পুম্নমক্কী হৌরককম ওইবা মরমনি মরক্তা (ময়ায়দা) মখোয়গী হিংদুনা লৈনবগীসু মরমনি অমসুং মখোয়গী মাঙবা চঙজফম ওইবা লৈনবগীসু মরমনি ॥ ২ ॥

অথপ্পা বা

থ্বায়দগী অহানবদা শ্রীভগবান্না উপাসকশিংগী মমুংদা মকোক ওইবা মীশিংগী ধ্যান তৌনবা বিষয় ওইনা থবায়পানবা পুম্নমক্কী থম্মোয়দা অমত্ত ওইনা লৈবা চেতন আত্মাসিবু ইবুংঙো মাগী থ্বায়দগী থোইনা ফোঙদোক্ত না লৈবা বিভূতিনি (মতীক মগুণনি) হায়না তাক্লি। শ্রুতিনস আত্মা অসিগী মরমদা অসুম্না হায়রি— "অয়মাত্মা ব্রহ্ম" (বৃ উ ১।৫।১৯)— "আত্মা অসি ব্রহ্মমক্নি।" মরমদি ব্রহ্ম অদু অন্তঃকরণ (মন) উপাধিনা মরম ওইদনা থবায়পানবা পুম্নমক্কী থম্মোয়দা অন্তর্যামী আত্মা ওইনা ফোঙদোক্লনা লৈরিবনি। মসিবু শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণদসু শ্রীভগবান মশামক্তা অসুম্না হায়রি— "অহমাত্মোদ্ধবামীষাং ভূতানাং সুহৃদীশ্বর।" (১১।১৬।৯) "হে উদ্ধব। কৃষ্ণ ঐ অসি থবায়পানবশিংগী আত্মানি মরূপনি অমসুং মপুনি।" মরম অসিনা অখোইবা উপাসকশিংনা শ্রীভগবানবু মশামক্কী আত্মানি হায়না মতম পুম্নমক্তা ধ্যান তৌগদবনি মদুদগী আত্মসাক্ষাৎকার ওইরনা মী ওইনা পোকপগী মহৈ যানগনি। শ্রুতিনসু অসুম্না হায়রি— "অন্তঃ শরীরে জ্যোতির্ময়ো হি শুভ্রোযং পশ্যন্তি যতয়ঃ ক্ষীণদোষাঃ।" (মু উ ৩/১/৫) "হকচাং সিংগী মনুংদা য়াম্না লনা (ওয়াম্না) মঙালগী মশক ওইবা আত্মাসি লৈ, মদুবু য়াম্না থেংনা কনবা উপাসকশিংনা পাপ কোকথিদুনা উই।"

মতৌ অসুম্না ব্রহ্মগী মশক ওইবা অশেংবা আত্মাগী ধ্যান তৌবা ওমদবা উপাসকশিংগীসু ধ্যান তৌনফম ওইনা ইবুংঙো মহাকপু থবায় পানবা পুম্নমক্কী হৌরকফম ভুংনফম অমসুং মাঙবা মতমদা চঙজফম (হজিনফম) ওইনা শ্লোক্কী অহোইবা তথ্বাইদা তাকপনি। মসুম্না ধ্যান তৌরবসু উপাসকশিংনা ইবুংঙো মহাকপু ফংবা ঙমগনি। মসিবু শ্রুতিনসু অসুম্না হায়রি— "যতো বা ইমানি ভূতানি জায়ন্তে, যেন জাতানি জীবন্তি, যৎপ্রযন্ত্যভি সংবিশন্তি তদ্বি জিজ্ঞাসস্ব, তৎ ব্রহ্ম" (তৈ উ. ৩।১)— "মহমক্তদগী থবায়

পানবা পুন্নমকসি পোক্লকই, মহুনা মন্নম ওইহুনা পোক্লকইবা পুন্নমক অহ্ হিংহুনা লৈ, অহ্গা প্রলয় (মাংবা) মতমদা মহুদা লোইনমক তিল্লী (হনজিল্লী) অহ্গুম্না মহুবু নী থিনা খংবা পামউ মহ্ ব্রহ্মনি।" হায়রিবা অসিমক্তবু শ্রীভগবান্না অস্মুম্না হায়রি— "অহং সর্ব্বাণি ভূতানি তেষাং স্থিত্যুদ্ভবাপ্যযঃ" (ভা ১১।১৬।৯)— "কৃষ্ণ ঐ অসি থবায় পানবা পুন্নমক্কি অহ্গা মখোয়গী লৈবা, পোকপা অমস্তুং মাংবস্তু ঐনি।"

মরম অসিনা পুন্নমক অসি ভগবান্নি লেপ্প না পুন্নমকসিবু ইবুংঙো মাগী মতীক-মগুণ ওইনা (বিভূতি ওইনা) ইবুংঙো মাবু নীংগদবনি ॥ ২০ ॥

মতৌ অস্মুম্না ধ্যান তৌবা ঙমদবা মীশিংনা মপান্দা ফোংদোক্ল লৈরিবা ইবুংঙো মাগী মূর্ত্তিগী মশক্ ওইবা বিভূতিশিংগী মরক্ত অপাম্না অমা লৌহুনা (খন্দুনা) ধ্যান তৌগদবনি হায়-বসিবু মখাগী অসিদগী হৌরগা অধ্যায়গী অরোইবা ফাওবদা শ্রীভগবান্না হায়রি—

আদিত্যানামহং বিষ্ণুর্জ্যোতিষাং রবিরংশুমান্।
মরীচিমরুতামস্মি নক্ষত্রাণামহং শশী ॥ ২১ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — অহং আদিত্যানাং বিষ্ণু=কৃষ্ণ ঐ থা ২দিগী মপু ওইনা লৈরিবা নুমিৎ (সূর্য্য) তরানিথোইগী মনুংদা বিষ্ণু কৌবহৌনি (মত্রগা অদিতিগী মচাশিংগী মনুংদা ঐ বামোন ভগবান্নি), জ্যোতিষা =মঙাল পীবা পোৎশিংগী মনুংদা, অংশুমান রবি =শীন-থুনা মঙাল পীরিবা নুমিৎ অসি ঐনি মরুতাং=মরুৎ কৌবা লাই নীংকমাপনগী মনুংদা মরীচি অস্মি= মরীচি কৌবা মরুৎ (নুংশিৎ) ঐনি নক্ষত্রাণাং =থরাম্মীচাকশিংগী মনুংদা অহং শশী—ঐ থানি ॥ ২১ ॥

**অপুনবা অর্থ**:— কৃষ্ণ ঐ সূর্য্য (নুমিৎ) তরানিথোইগী মনুংদা বিষ্ণু কৌবা নুমিৎনি (মত্রগা কশ্যপকী মুপী অদিতিগী মচাশিংগী মনুংদা বামোন কৌবহ্ ঐনি) মঙাল পীরিবা পোৎশিংগী মনুংদা শীনথুংনা মঙাল পীরিবা নুমিৎসি ঐনি, মরুৎ কৌবা লাইশিংগী মনুংদা মরীচি কৌবহ্ ঐনি অহ্গা থরাম্মীচাকশিংগী মনুংদা ঐ থানি ॥ ২১ ॥

বেদানাং সামবেদোঽস্মি দেবানামস্মি বাসবঃ।
ইন্দ্রিয়াণাং মনশ্চাস্মি ভূতানামস্মি চেতনা ॥ ২২ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা**:— বেদানাং=ঋগ বেদ-নচিংবা বেদ মরিগী মনুংদা সামবেদ অস্মি—ঐ সামবেদনি, দেবানাং=লাইশিংগী মনুংদা, বাসবঃ অস্মি=লাইশিংগী নিংথৌ ইন্দ্র এনি, ইন্দ্রিয়াণাং—নীংনচিংবা ইন্দ্রিয় তরামাথোইগী মনুংদা, মন অস্মি=ঐ মননি (পুক্নীংনি), চ—অহ্গা, ভূতানাং—থবায়পানবা পুন্নমক মরী থয়হুনা লৈবা, চেতনা অস্মি—জ্ঞানশক্তি ঐনি ॥ ২২ ॥

**অপুনবা অর্থ:**— ঋগ-নচিংবা বেদ মধিগী মনুংদা সামবেদ ঐনি ( মরমদি সামবেদবু ঈশৈ ওইবা শকপা মরমদগী মহাক্ মী পুম্নমক্কী পুক্নী, হূ নবা মশক ওই ), লাইশিংগী মনুংদা ঐ ইন্দ্রনি, অদুগা থরায়পানবা পুম্নমক্ক লোয়নবা মরী থমহুনা লৈবা জ্ঞান শক্তি ঐনি ॥ ২২ ॥

রুদ্রাণাং শংকরশ্চাস্মি বিত্তেশো যক্ষরক্ষসাম্।
বসূনাং পাবকশ্চাস্মি মেরু: শিখরিণামহম্ ॥ ২৩ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা:**— রুদ্রাণাং—রুদ্র তরামাথোইগী মনুংদা শংকর অস্মি=ঐ শংকরনি ( শিব-মহাদেবনি ), চ=অদুগা, যক্ষরক্ষসাং=যক্ষ অমসুং রাক্ষসশিংগী মনুংদা বিত্তেশ—লল থুমগী মপু কুবের ঐনি, বসূনাং—বসু কৌবা মায়কৈ ছাকপা লাই নীপানগী মনুংদা পাবক অস্মি=ঐ মৈ কৌবা বসুনি চ=অমসুং, শিখরিণাং—মতোন নাইবা চীংশিংগী মনুংদা অহং মেরু= ঐ মেরু কৌবা চীংহুনি ॥ ২৩ ॥

**অপুনবা অর্থ** — রুদ্র তরামাথোইগী মনুংদা ঐ শংকর কৌবা রুদ্রনি অদুগা যক্ষ অমসুং রাক্ষসশিংগী মনুংদা লল থুমগী মপু কুবের ঐনি মায়কৈ ছাকপা বসু কৌবা লাই নীপানগী মনুংদা ঐ মৈ কৌবা বসুহুনি অমসুং মতোন লৈবা চীংশিংগী মনুংদা ঐ মেরু কৌবা চীংহুনি ॥ ২৩ ॥

পুরোধসাঞ্চ মুখ্যং মাং বিদ্ধি পার্থ বৃহস্পতিম্।
সেনানীনামহং স্কন্দ: সরসামস্মি সাগর: ॥ ২৪ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা।**— পার্থ—পৃথা ( কুন্তী ) গী মচানিপা হে অর্জুন ! মাং=কৃষ্ণ ঐবু পুরোধসাং চ=পুরোহিতশিংগী মনুংদসু মুখ্যং=মকোক্ ওইবা বৃহস্পতিং—দেবতাশিংগী পুরোহিত ওইবা বৃহস্পতিনি হায়না, বিদ্ধি—নঙনা খঙউ অহং—ঐ সেনানীনাং=সেনাপতিশিংগী মনুংদা স্কন্দ—লাইশিংগী সেনাপতি কার্তিক্নি সরসাং—হৌনশা ওইনা লৈবা পুখ্রীশিংগী মনুংদা সাগর অস্মি—ঐ সমুদ্রনি ॥ ২৪ ॥

**অপুনবা অর্থ।**— কুন্তীগী মচা হে অর্জুন ! কৃষ্ণ ঐবু পুরোহিতশিংগী মনুংদসু মকোক্ ওইবা বৃহস্পতিনি হায়না নঙনা খঙউ। ঐ সেনাপতিশিংগী মনুংদা কার্তিক্নি, অদুগা হৌনশা ওইনা লৈবা পুখ্রীশিংগী মনুংদা ঐ সমুদ্রনি ॥ ২৪ ॥

মহর্ষীণাং ভৃগুরহংগিরামস্ম্যেকমক্ষরম্।
যজ্ঞানাং জপযজ্ঞোঽস্মি স্থাবরাণাং হিমালয়: ॥ ২৫ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা:**— অহং—কৃষ্ণ ঐ, মহর্ষীণাং—ব্রহ্মানা পুক্নীংদগী পোকপা মরীচি নচিংবা ঋষিশিংগী মনুংদা খায়দগী হেন্না গুণ লৈবা, ভৃগু:=ভৃগু কৌবা মহর্ষিনি গিরাং—ৱাহৈশিংগী মনুংদা এক অক্ষর অস্মি=অমত্তা ওইবা ময়েক ওঁকারনি ( মরমদি ওঁকার পরব্রহ্মগী উপাসনা তৌরবা মওংনি অমসুং মাগী মমিংনি ), যজ্ঞানাং=বেদ অমসুং স্মৃতি শাস্ত্রদা তাক্লিবা যজ্ঞশিংগী মনুংদা,

জপ যজ্ঞং অস্মি—মন্ত্র মন্ত্রগা শ্রীভগবানগী নাম শোন্নবগী মশক ওইবা জপযজ্ঞ ঐনি ( মন্নমদি—জপযজ্ঞ অসি জীব হাং খোংপা কন্নিমত্ত য়াওদনা শ্রীভগবানবু ফংনবা অখোইবা উপায় ওই ) স্থাবরাণাং—লেঙদনা লৈবা পোংশিংগী মনুংদা, হিমালয় =ঐ হিমালয় কৌবা চীংনি ( অহানবদা "মেরু শিখরিণামহম" ( ১০।২০ )— মতোম নাইবা চীংশিংগী মনুংদা মেরু কৌবা চীংনি" হায়বনি অদুবু মফম অসিদদি চত্তনা লেঙদনা লৈবা পোংশিংগী মনুংদা হায়বা মরম্না খেন্নবদগী কন্নিমত্ত দোষ লৈতে ) ।২৫॥

অপুনবা অর্থ °— কৃষ্ণ ঐ মহর্ষিশিংগী মনুংদা ভৃগুনি বাহৈশিংসিগী মনুংদা ময়েক অমত্তং ওইবা ওঁকারনি, শাস্ত্রবা তাকপা যজ্ঞশিংগী মনুংদা জপযজ্ঞ ঐনি, অদুগা লেঙ খোংপা লৈতবা লৈবা পোংশিংগী মনুংদা ঐ হিমালয়নি ।২৫॥

অশ্বত্থং সর্ব্ববৃক্ষাণাং দেবর্ষীণাঞ্চ নারদঃ।
গন্ধর্ব্বাণাং চিত্ররথং সিদ্ধানাং কপিলো মুনিঃ ॥২৬॥

অন্বয় ব্যাখ্যা °— সর্ব্ববৃক্ষাণাং=উপাম্বীশিংগী মনুংদা, অশ্বত্থ =( কৃষ্ণ ঐ ) সনাখোংনানি চ =অদুগা দেবর্ষীণাং—লাইগী ঋষিশিংগী মনুংদা, নারদ = ঐ নারদনি, গন্ধর্ব্বাণাং — ঈশৈ শকপনা মখোয়গী মথৌ ওইবা গন্ধর্ব্বশিংগী মনুংদা চিত্ররথ =চিত্ররথ কৌবা গন্ধর্ব্ব ঐনি সিদ্ধানাং —হৌনশা ওইবা সিদ্ধ ওইবা মীশিংগী মনুংদা কপিল মুনি —কপিল মুনি ঐনি ॥২৬॥

অপুনবা অর্থ °— উপাম্বীশিংগী মনুংদা কৃষ্ণ ঐ সনাখোংনানি অদুগা লাইগী ঋষিশিংগী মনুংদা নারদ ঐনি, গন্ধর্ব্বশিংগী মনুংদা ঐ চিত্ররথনি, সিদ্ধশিংগী মনুংদা কপিল মুনি ঐনি ॥২৬॥

উচ্চৈঃশ্রবসমশ্বানাং বিদ্ধি মামমৃতোদ্ভবম্।
ঐরাবতং গজেন্দ্রাণাং নরাণাঞ্চ নরাধিপম্ ॥২৭॥

অন্বয় ব্যাখ্যা °— অশ্বানাং—শগোলশিংগী মনুংদা অমৃতোদ্ভবং = সমুদ্র নৈনবদগী অমৃত থোকপা মতমদা পোকপা উচ্চৈঃশ্রবসং = উচ্চৈঃশ্রবা কৌবা শগোলবু, মাং বিদ্ধি=কৃষ্ণ ঐনি খঙউ গজেন্দ্রাণাং=অখোইবা শামুশিংগী মনুংদা, ঐরাবতং—ইন্দ্রগী ঐরাবত কৌবা শামুবু ( ঐনি খঙউ ), চ=অদুগা, নরাণাং—মীওইবগী মনুংদা, নরাধিপং—নিংথৌ ওইবা লৈবা মীবু ( কৃষ্ণ ঐনি হায়না ) খঙউ।।২৭॥

অপুনবা অর্থ ঃ— সমুদ্র নৈনবদগী অমৃত থোকপা মতমদা পোকপা উচ্চৈঃশ্রবা কৌবা শগোলবু— শগোলশিংগী মনুংদা কৃষ্ণ ঐনি খঙউ, অখোইবা শামুশিংগী মনুংদা ইন্দ্রগী ঐরাবত কৌবা শামুবু ঐনি খঙউ ॥ অদুগা মীওইবশিংগী মনুংদা নিংথৌবু ঐনি খঙউ ২৭॥

আয়ুধানামহং বজ্রং ধেনুনামস্মি কামধুক্।
প্রজনশ্চাস্মি কন্দর্পঃ সর্পাণামস্মি বাসুকিঃ ।২৮॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** ঃ— আয়ুধানাং=খুৎসু খুৎলাইশিংগী মনুংদা বজ্র =দধিচী মুনিগী শকনা শাঁব বজ্র কৌবা ইন্দ্রগী খুৎলাই অহং=কৃষ্ণ ঐনি ধেনূনাং=শননবীশিংগী মনুংদা কামধুক=নৌ বা পূমমকপু শুমত্নবা পীবা কামধেনু কৌবী শননবী অস্মি=ঐনি চ=অদুগা প্রজন = মচা পোক্নবগী মরম ওইবা কন্দর্প =কামদেব অস্মি=ঐনি সর্পাণাং—হূ লৈবা লিনশিংগী মনুংদা বাসুকি =বাসুকি কৌবা লিল অস্মি=ঐনি ॥ ২৮ ॥

অপুনবা অর্থ — খুৎসু খুৎলাইশিংগী মনুংদা কৃষ্ণ ঐ বজ্রনি শননবীশিংগী মনুংদা কামধেনু ঐনি অদুগা মচা পোক্নবগী মরম ওইবা কামদেব অদুসু ঐনি মহূ কনবা লিলশিংগী মনুংদা বাসুকি কৌবা লিল ঐনি ॥ ২৮ ॥

অনন্তশ্চাস্মি নাগানাং বরুণো যাদসামহম্ ।
পিতৃণামর্যমা চাস্মি যম সংযমতামহম্ । ২৯ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** ঃ— নাগানাং =মহূ লৈতবা লিনশিংগী মনুংদা অনন্ত অস্মি=অনন্ত কৌবা লিল নিংথৌ কৃষ্ণ ঐনি চ=অদুগা যাদসাং—ঈশিংদা লৈবা জীবশিংগী মনুংদা অহং বরুণ =ঐ বরুণ কৌবা লাই অদুনি, পিতৃণাং=পিতৃলোক্তা লৈবা অগ্নিষাত্তা নচিংবা পিতরশিংগী মনুংদা অর্যমা অস্মি=অর্যমা কৌবা পিতরশিংগী নিংথৌহ ঐনি চ=অমসু সংযমতা =চৈয়ক্না লোয়নবা লাকশিন্নবা শাসন তৌবশিংগী মনুংদা অহং যম =ঐ যমনি ॥ ২৯ ॥

অপুনবা অর্থ — হূ পাননবা লিনশিংগী মনুংদা অনন্ত কৌবা লিল নিংথৌ কৃষ্ণ ঐনি অদুগা ঈশিংদা লৈবা জীবশিংগী মনুংদা বরুণ কৌব লাই ঐনি পিতৃলোক্তা লৈবা পিতরশিংগী মনুংদা অর্যমা কৌবা পিতরশিংগী নিংথৌ ঐনি অমসুং চৈয়ক্না লোয়নবা লাকশিন্নবা শাসন তৌবশিংগী মনুংদা ঐ যমরাজনি ॥ ২৯ ॥

প্রহ্লাদশ্চাস্মি দৈত্যানাং কালঃ কলয়তামহম্ ।
মৃগাণাঞ্চ মৃগেন্দ্রোঽহং বৈনতেয়শ্চ পক্ষিণাম্ । ৩০ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** ঃ— দৈত্যানাং =কশ্যপ মুনিগী লোয়নবী দিতি কৌবীবা পোকপা দৈত্যশিংগী মনুংদা প্রহ্লাদ অস্মি—হিরণ্য কশিপুগী মচা প্রহ্লাদ কৌবহ কৃষ্ণ ঐনি কলয়তাং=থূহম চন্নবা থৱশিংগী মরুগা থবকশিংবু শীংথান নবশিংগী মনুংদা, অহং কাল =ঐ কালনি ( মতমগী মশক ওইবা কালনা পূম্নমকসিবু থূহম চন্নবা থম্লিবনি, মরুগা মতমগী মনুংদা তৌরিবা থবকশিংবু শীংথানরিবনি ), চ—অদুগা মৃগানাং=মখোয় মরি পানবা শাশিংগী মনুংদা, অহং মৃগেন্দ্র =ঐ লোংশানি চ=অমসুং, পক্ষিণাং=মশা পানবা উচেকশিংগী মনুংদা, বৈনতেয় =কশ্যপকী মূপী বিনতাগী মচা গরুড় ঐনি । ৩০ ॥

**অপুনবা অর্থ :—** দিতিগী মচা দৈত্যশিংগী মাঙগদা পোকপশিংগী মনুংদা প্রহ্লাদ কৌবড় কৃষ্ণ ঐনি খুদম চন্নবা থম্বা ওম্বশিংগী মতমগা থবকশিংবু শীথা মরিবশিংগী মনুংদা ঐ কালনি অমুগা শাশিংগী মনুংদা ঐ মো শাম্নি অমসুং উচেকশিংগী মনুংদা গরুড় ঐনি ॥ ৩০ ॥

পবনঃ পবতামস্মি রামঃ শস্ত্রভৃতামহম্।
ঝষাণাং মকরশ্চাস্মি স্রোতসামস্মি জাহ্নবী। ৩১॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা —** পবতাং=শেংদোকপশিংগী মনুংদা পবন অস্মি=নুংশিৎ কৃষ্ণ ঐনি শস্ত্রভৃতাং—লানগীদমক খুৎলাই পাইবশিংগী মনুংদা অহং রাম=ঐ দশরথকী মচা রামনি ঝষাণাং—ঈশিংদা লৈবা ঙা মচিংবগী মনুংদা মকর অস্মি—ঙা কোরিয়ান ঐনি চ=অমুগা, স্রোতসাং—ঈচেল লৈবা তুরেলশিংগী মনুংদা জাহ্নবী অস্মি—গঙ্গা তুরেল ঐনি। ৩১।

**অপুনবা অর্থ —** শেংদোকপশিংগী মনুংদা নুংশিৎ কৃষ্ণ ঐনি খুৎলাই পাইবশিংগী মনুংদা দশরথকী মচা রাম ঐনি ঈশিংদা লৈবা ঙা মচিংবগী মনুংদা ঙা কোরিয়ান ঐনি, অমুগা ঈচেল মাইবা (লৈবা) তুরেলশিংগী মনুংদা গঙ্গা ঐনি॥৩১॥

সর্গাণামাদিরন্তশ্চ মধ্যঞ্চৈবাহমর্জ্জুন।
অধ্যাত্মবিদ্যা বিদ্যানাং বাদঃ প্রবদতামহম্। ৩২।

**অন্বয় ব্যাখ্যা —** অর্জ্জুন—হে অর্জ্জুন! সর্গাণাং—থরারপাবরা মতুবা আকাশ মচিংবা শেম্লিবা পোৎশিংগী আদি—অহৌবা চ—অমসুং মধ্যং—ময়াম চ=অমুগা অন্ত=লোইবা, অহং এব=কৃষ্ণ ঐমক্তি বিদ্যানা=বিদ্যাশিংগী মনুংদা অধ্যাত্মবিদ্যা=মোক্ষ ফংনবা উপায়গী মশক আত্মতত্ত্ববিদ্যা ঐনি প্রবদতাং—রা ডাংবদা য়াম্না হৈ শিংবা মীশিংগী রা ডাংথোক ডাওশিন তৌবদা বাদ অহম=তত্ত্ব খংনবা ডাংথোক ডাওশিন তৌবগী মশক ওইবা বাদ কৌবা কথা ঐনি ॥ ৩২ ॥

**অপুনবা অর্থ —** হে অর্জ্জুন। থরারপাবরা মতুবা আকাশ মচিংবা শেম্লিবা পোৎশিংগী অহৌবা ময়াম অমসুং অরোইবড় কৃষ্ণ ঐমক্তি বিদ্যাশিংগী মনুংদা আত্মতত্ত্ববিদ্যা ঐনি, রা ডাংবদা য়াম্না হৈ শিংবা মীশিংগী রা ডাংথোক ডাওশিন তৌবদা "বাদ" কৌবা ডাংথোক ডাওশিন অমু ঐনি। ৩২।

**অথূপ্পা বা**

মথক্তা ২০ শুবা শ্লোকতা— "অহমাদিশ্চ মধ্যঞ্চ ভূতানামন্ত এব চ"— "অচৎ চত্ত থরাম্নপাবরা পুম্নমকী কৃষ্ণ ঐসি হৌরকফম্নি, ময়ায়দা তুংবফম (হিংচবা লৈবফম) নি অমুগা অরোইবদা

চঙজকয়ি" হায়না তাকখি অদুগা "সর্গাণাম অসি নচিংবা শ্লোক অসিদদি থরায়পান্দবা আকাশ-নচিংবা তাইবঙপানগী মরমদা হায়বনি। মরম অসিনা অমুক হন্না হায়বগী মশক ওইবা দোষ লৈতে। অদুগা শ্লোক অসিদা শ্রীভগবাননা আত্মতত্ত্ববিদ্যাবু ইবুংঙো মাগী বিভূতি ( ফোঙদোকপা মওঙ ) ওইনা মশামক্তি হায়রি। "আত্মানমধিকৃত্য বর্ত্ততে ইত্যাধ্যাত্মম্ — "আত্মাবু লৌদুনা মাগী অশেংবা মশককী মরমদা বিচার তৌরিবা বিদ্যাবু "অধ্যাত্মবিদ্যা কৌই। মসিবু "পরা বিদ্যা মত্রগা "ব্রহ্মবিদ্যা" হায়নসু কৌই। শ্রুতিনা হায়রি— "পরা যয়া তদক্ষরমধিগম্যতে ( মু উ ১।১।৫ )— "মদুনা মরম ওইদুনা মাঙ তাকপা লৈতবা আত্মাগী মশক ওইবা ব্রহ্ম খঙবা ঙম্বা অদুবু পরা বিদ্যা কৌই।" "স ব্রহ্মবিদ্যাং সর্ব্ববিদ্যা প্রতিষ্ঠামথর্ব্বায় জ্যেষ্ঠপুত্রায় প্রাহ ( মু উ ১।১।১ )— "ব্রহ্মানা বিদ্যা পুম্নমককী চঙজকম ওইদুনা মকোক ওইরিবা ব্রহ্মবিদ্যাসিবু মহাকী মচানুপা অহল অথর্ব্বগীদমক হায়খি।" অদুবু অসিগুম্বা বিদ্যাসিবু কনা কনাগুম্বা বুদ্ধি লৈতাদবা মী থরুনা মখোঙ মরম খঙদনা অমম্ভ্, মসিগী মরমদা বিচার ইতৌ তৌদনা য়াম্না নিন্দা তৌই। মখোয়না মসিগী নিন্দা তৌরিবসি শ্রীভগবানগী নিন্দানি হায়বা তাই। মরমদি মকম অসিদা শ্রীভগবাননা অধ্যাত্মবিদ্যাসিবু ঐ ইশামক্তি হায়রি। বিচার তৌরগা তশে তশে বা মওঙদা হায়রবদি জীবাত্মাসি শ্রীভগবান্দগী অতোপ্পা অমা নত্তে অন্তঃকরণ ( মন ) ওইবা উপাধি লৈবদগী জীবাত্মা শ্রীভগবান্দগী তোপ্পা উবতনি। মরম অসিনা শ্রীমদ্ভাগবত মহাপুরাণদসু ইবুংঙো মশামক্ত মাগী বিভূতিশিংবু উদ্ধবকী মফমদা তাকপা মতমদা জীবাত্মাসিবু মাগী মশামক্তি হায়রি—

মযেশ্বরেণ জীবেন গুণেন গুণেনা বিনা।
সর্ব্বাত্মনাপি সর্ব্বেণ ন ভাবোবিদ্যতে ক্বচিৎ।

( ভা ১১।১৬।৩৮ )

"ঈশ্বরগী মশক ওইবা, জীবাত্মাগী মশক ওইবা গুণগী মশক ওইবা, গুণ লৈবগী মশক ওইবা পুম্নমক ওইবা মরম্না পুম্নমকী মশক ওইবা কৃষ্ণ ঐ নত্তনা অতোপ্পা করিগুম্বা পোৎ অমত্তসু লৈত্তে।" মরম অসিনা ঈশ্বর জীব নচিংবা পুম্নমকসি উপাধি খেন্নবদগী তোপ্প তোপ্পা উবা ঙাক্তনি, অশেংবা মওঙদদি শ্রীভগবানমক্তনি, মঙোন্দগী অতোপ্পা পোৎ অমা নত্তে। ( মসিবু মীংথিনা খঙনীংবা মীনা "জ্ঞানগী লম্বী" কৌবা লাইরিক্তা ঈশ্বর অমসু জীবগী মরমদা ইরিবা অদু পাবিগদবনি )।

শাস্ত্রশিংসিবু খঙবা অমসুং না ভাঙনবদা য়াম্না হৈ শিংবা মী অমীগী মরক্তা করিগুম্বা হীরম অমা লৌদুনা মরৈ য়েংনবদা "বিতণ্ডা" জল্প অমসুং বাদ" অসুম্না য়েংব রাগী মখল অহুম থোক্লা থায়রি। মদুদা মী অমনা মশানদি হীরমদুদা য়াদবা অদুগা অতোপ্পনদি য়াবা মতমদা যুক্তিশিং অমসুং প্রমাণশিংনা শোগত্তুনা মরৈ য়েংনরকপা মতমদা অমনা অমগী না

ককথংনহুনা য়েংনবা অহবু "বিতণ্ডা" কৌই। মরৈ য়েংনরিবা অনীগী মনুংদা মানা মানা য়ানীংবা হীরম লৌরগা মতুগী মরমদা অমনা অমবু ককথত্তুনা মশা মশাগী হীরমবু চুম্নবা ওাওহুনা অমনা অমবু মায়থীবা পীনবা মরৈ "জল্প" কৌই। মতৌ অহুম্না লেংমাণবা নত্রগা গুরু শিষ্য অনীগী মরক্তা কৰিগুম্না হীরম অমগী অশে বা তত্ব খণ্ডনবগীদমক রাজ, পাউথুম ওইনা বিচার তৌবগী মশক ওইবা মরৈ য়েংনববু "বাদ" কৌই। বিতণ্ডা অমস্তুং জল্পদা করিগুম্না পোং অমগী অশেংবা তত্ব খণ্ডবা ঙমদে মহুদা অমনা অমবু মায়থীবা ওম্নবা হোংনবদনি। অদুগা বাদ কৌবা মরৈ অসিদি তশেংনা তত্ত্ব খণ্ডবা ঙমই। মরম অসিদগী শ্লোক অসিদা শ্রীভগবান্না অহুমসিগী মনুংদা "বাদ" অসিবু ইবুংঙো মাগী বিভূতিনি হায়না তাকপনি ॥ ৩২ ॥

অক্ষরাণামকারোঽস্মি দ্বন্দ্ব সামাসিকস্য চ।
অহমেবাক্ষয়ঃ কালোধাতাহং বিশ্বতোমুখঃ ॥ ৩৩ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা :— অক্ষরাণাং = অ, ই অসিনচিংবা ময়েকশিংগী মনুংদা, অকার অস্মি — "অ" ময়েক অসি কৃষ্ণ ঐনক্নি, চ = অদুগা, সামাসিকস্য = তৎ পুরুষ নচিংবা সামাসশিংগী মরক্তা দ্বন্দ্ব কৌবা সমাস ঐনি, অক্ষয় কাল — নুমি, থা চহী নচিংবা অচৎপা (অরেৎবা) মতমশিংগী মনুংদা লেঙদনা (চত্তুন) অমস্তুং অমাঙ অতা লৈতনা লৈরিবা মতম কৌবহু অহম এব — কৃষ্ণ ঐনক্নি, বিশ্বতোমুখ — মায়কৈ পুম্বদা মায়ওল্লিবা, ধাতা অহম — কর্ম্মগী মহৈবু পীনহৈবা পরমেশ্বরহু ঐনি ॥ ৩৩ ।

তাৎপর্য্যনবা অর্থ — ময়েকশিংগী মনুংদা "অ" ময়েক কৃষ্ণ ঐনি সমাসশিংগী মনুংদা "দ্বন্দ্ব" সমাস ঐনি নুমিৎ, থা নচিংবা অচৎপা (অরেৎবা) মতমশিংগী মনুংদা অমাঙ অতা লৈতবা মতম কৌবহু ঐনি, মায়কৈ পুম্বদা মায়ওল্লিবা অমস্তুং কর্ম্মগী মহৈবু পীনহৈবা পরমেশ্বরহু ঐনক্নি ॥ ৩৩ ।

## অথুম্বা বা

ময়েকশিংগী মনুংদা "অ কারবু শ্রীভগবানগী মশামক্নি হায়বগী মরমদি—"অ" কারসি ময়েকশিংগী মকোক্ ওইবদা নত্তনা ক, খ নচিংবা ব্যঞ্জনশিং অমস্তু রাহৈশিং হায়দোকপা মতমদা 'অ" কারগী মতেং লৌদনা হায়দোকপা য়াদে। মরম অসিনা 'অ কারগী মরমদা শ্রুতিনা অস্মু হায়রি—অকারো বৈ সর্ব্বা বাক্ সৈষা স্পর্শোষ্মভির্ব্যজ্যমানা বহ্বী নানারূপাভবতি" (ঐত উ ২।৩।৬)—"অকারসি লেপ্পমক রাহৈ পুম্নমক্কী মশক্নি। মরমদি মহাক ব্যঞ্জন ওইবা স্পর্শ অমস্তুং উষ্ম ময়েকশিংগা তিন নহুনা হায়দোক্লগা মখল মখা অয়াম্বা রাহৈশি ওইরকই ॥

রাহৈ অনী নত্রগা মহুদগী হেনবা রাহৈশিংবু অমত্ত ওইনা তিনশিনববু সমাস কৌই। মকোক ওইনদি রাহৈ অনীথক্রুনক সমাসনা তিন শিন্নে। অব্যয়ীভাব সমাসদা অহানবগী রাহৈ মকোক

ওইবা নৈ, তৎপুরুষ সমাসদা অকোনবগী রাহৈ মকোক ওই, অদুগা বহুব্রীহি সমাসদা অতোপ্পা রাহৈ অমগী অর্থ ওই। অদুবু দ্বন্দ্ব সমাসদদি রাহৈ অনীমক মকোক ওইবা চপ মান্নৈ। মরম অসিনা সমাসশিংগী মনুংদা দ্বন্দ্ব সমাসসি শ্রীভগবাননি হায়রবনি। অদুগা "কালঃ কলয়তামহম্" (গী ১০।৩) হায়খিবা অদুদি মাঙবা নাইবা মতমবু লৌদুনা হায়রবনি। মকম অসিদদি লেঙদবা অমসুং মাঙবা নৈতবা নৈবা মতমবু হায়রবনি। মরম অসিনা দোষ নৈতে॥ ৩৩॥

মৃত্যুঃ সর্ব্বহরশ্চাহমুদ্ভবশ্চ ভবিষ্যতাম্।
কীর্ত্তিঃ শ্রীর্বাক্ চ নারীণাং স্মৃতির্মেধা ধৃতিঃ ক্ষমা॥ ৩৪॥

অন্বয় ব্যাখ্যা – সর্ব্বহর চ=পুম্নমকপু মাঙহনবা মৃত্যু =মৃত্যু দেবতা (অশিবগী লাই) অহম=কৃষ্ণ এনি (শেলথুম মাংবা অমসুং থরায় মাঙবা খেন্নবদগী মাঙবসি অনীথোক্পা খায়নি মদুদা পুম্নমক পুম্নাঙ মাঙহনবসি মৃত্যুনি মদুবু (কৃষ্ণ ঐনি হ য়বনি) মতুগা মহাপ্রলয়গী মতমদা তাইবঙ পুম্নমকপু পুম্ন ঙ মাঙহনবা মৃত্যুর কৃষ্ণ ঐনি চ–অতগা ভবিষ্যতা =মতুংদা য়াইফগদবা মীশিংগী, উদ্ভব =অথোইবা চাউখৎপদু ঐনি নারীণাং=নুপীশিংগী মনুংদা ধর্ম্মরাজ যমগী নুপী কীর্ত্তি –কীর্ত্তি (অফবা মিংচৎ) শ্রী –শ্রী (হকচাংগী ফজবা) বাক–সরস্বতী (নীংখিবা রাহৈ' স্মৃতি –স্মৃতি (নীংশি নবা পাঙ্গল) মেধা=মেধা (অকবা লাইরিকুচি বরু খঙনববা শক্তি) ধৃতি –ধৃতি (অরাবদা ভারবসু খাঙননবা শক্তি), ক্ষমা–ক্ষমা (থৌজাল হৈবা) তরেং অসি কৃষ্ণ ঐনি। ৩৪।

অপুনবা অর্থ — পুম্নমকপু ম ঙহনবা মৃত্যু কৃষ্ণ ঐনি অদুগা তুংদা য়াইফরক্লদবা মীশিংগী অথোইবা চাওখৎপা অদু ঐনি নুপীশিংগী মনুংদা ধর্ম্মরাজ যমগী নুপী, কীর্ত্তি শ্রী, বাক, স্মৃতি মেধা, ধৃতি অমসুং ক্ষমা তরেং অসি ঐগী বিভূতিনি॥ ৩৪॥

বৃহৎসাম তথা সাম্নাং গায়ত্রী ছন্দসামহম্।
মাসানাং মার্গশীর্ষোঽহমৃতুনাং কুসুমাকরঃ॥ ৩৫॥

অন্বয় ব্যাখ্যা:— সাম্নাং=সামবেদগী মন্ত্রশিংগী মনু দগী (মথক্ত শ্লোক ২২ দা "বেদানাং সামবেদোঽস্মি"— বেদশিংগী মনুংদা কৃষ্ণ ঐ সামাবেদনি"—অমুম্নম্ন হায়খ্রবনি), বৃহৎসাম= বৃহৎসাম কৌবা মন্ত্রশিং অদু কৃষ্ণ এনি তথা–মতৌ অদুম্না, ছন্দসাম–অনুষ্টুপনচিংবা ছন্দশিং (শৈরেংশিংগী) মনুংদা, গায়ত্রী=গায়ত্রী কৌবা ছন্দ অহম–কৃষ্ণ ঐনি মাসানাং=শজীবু-মচিংবা থা তরা নিথোইগী মনুংদা মার্গশীষ =হীয়াঙ্গৈ কৌবা থা অহম=কৃষ্ণ ঐনি (মরমদি থা অসিগী মনুংদা অমৌ অমৌবা চেঙ কৌ, মহৈ মরোং নীংখিনা ফংই), ঋতুনাং–ঋতুশিংগী মনুংদা কুসুমাকর –বসন্ত ঋতু ঐনি। ৩৫

**অপূনবা অর্থ** ঃ— সামবেদগী মন্ত্রশিংগী মনুংদা বৃহৎসাম কৌবা মন্ত্রশিং অহ্ কৃষ্ণ ঐনি মতৌ অহুম্না ছন্দশি গী মনুংদা গায়ত্রী ছন্দনি, থাশিংগী মনুংদা হীযাঙ্গে কৌবা থা ঐনি ঋতুশিংগী মনুংদা বসন্ত ঋতু ঐনি। ৩৫।

দ্যূতং ছলযতামস্মি তেজস্তেজস্বিনামহম্।
জযোঽস্মি ব্যবসাযোস্মি সত্ত্বং সত্ত্ববতামহম্ ॥ ৩৬ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** ঃ— ছলযতা —লৌমস্নশিংগা মরী লৈববা দ্যূত অস্মি—চৌবর কৃষ্ণ ঐনি, তেজস্বিনাং—য়াম্না মতীক মঙাল লৈবা মীশি দা লৈবা তেজ অহম=মতীক মঙাল অহ্ ঐনি জয় অস্মি=বিজয় তৌবা মীশি গী জয় ঐনি ব্যবসায় অস্মি—নোঙ্গা কন্না মীশিংগী মোঙ্ অহ্ ঐনি সত্ত্ববতাং=সত্ত্বগুণ লৈবশি গী সত্ত্ব, অহম—সত্ত্বগুণ অহ ঐনি ॥ ৩৬ ॥

**অপূনবা অর্থ** ঃ— লৌমম চাউবা মীশিংগা লোয়মনা মরী লৈববা চৌবর শাম নবহ্ কৃষ্ণ ঐনি, য়াম্না মতীক মঙাল লৈবা মীশিংদা লৈবা মতীক-মঙাল অহ্ ঐনি বিজয় তৌবা মীশি গী জয় ঐনি মোঙ্ কন্ন মীশিংগী অমোঙ্গহ্ কৃষ্ণ ঐনি সত্ত্বগুণ লৈবা মীশি গী সত্ত্ব অহ্ কৃষ্ণ ঐনি ॥ ৩৬ ॥

বৃষ্ণীনাং বাসুদেবোঽস্মি পাণ্ডবানাং ধনঞ্জয ।
মুনীনামপ্যহং ব্যাসং কবীনামুশনা কবিং ॥ ৩৭ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** ঃ— বৃষ্ণীনাং—বৃষ্ণিশাগৈদা পোকপা যাদবশি গী মনুংদা বাসুদেব অস্মি—ঐ বাসুদেবনি পাণ্ডবানাং—পাণ্ডুগী মচাশি গী মনু দা ধনঞ্জয় =ঐ ধনঞ্জয় অর্জ্জুনি অপি= অহুগা, মুনীনাং—মুনিশি গী মনুংদা, অহং ব্যাস=ঐ ব্যাস মুনিনী কবীনা =কবিশিংগী মনুংদা উশনা কবি =উশনা কবি ( রাক্ষসশিংগী পুরোহিত শুক্রাচার্য্য ) ঐনি। ৩৭।

**অপূনবা অর্থ** — বৃষ্ণী শাগৈদা পোকপা যাদবশি গী মনু দা ঐ বাসুদেবনি পাণ্ডবশিংগী মরক্তা ঐ অর্জ্জুনি অহুগা মুনিশি গী মরক্তা ঐ ব্যাসদেবনি কবিশিংগী মনুংদা ঐ উশনা (শুক্রাচার্য্য) কবি ঐনি ॥ ৩৭ ॥

দণ্ডো দমযতামস্মি নীতিরস্মি জিগীষতাম্।
মৌনং চৈবাস্মি গুহ্যানাং জ্ঞানং জ্ঞানবতামহম্ ॥ ৩৮ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — দমযতাং—চৈরাক তৌবা মীশি গী দণ্ড অস্মি=চৈরাক অহ্ কৃষ্ণ ঐনি, জিগীষতাং—জয় তৌবা পাম্বা মীশিংগী, নীতি অস্মি—জয় তৌনবা মখল মথা অয়াম্বা উপায়হ্ ঐনি, চ=অহুগা, গুহ্যানাং=থুপ্পুনা থম্বা মতীক চাবা হীরমশি গী উপায় মৌন, অস্মি এব= না ঙাঙদনা ভুমিন্না লৈবগী মশক ওইবা মৌনহ্ ঐমক্তি, জ্ঞানবতাম—জ্ঞান লৈবা মীশিংগী জ্ঞান, অহম—জ্ঞান ঐনি। ৩৮।

**অপুনবা অর্থ:**— চৈরাক পীবা মীশিংগী চৈরাক অহ কৃষ্ণ ঐনি, জয় তৌরা পাম্ব মীশিংগী জয় তৌনবা উপায়গী মশক ওইবা নীতিহ ঐনি অহংগা থূপ্তুনা থম্বা মতীক চাবা হীরমশিংগা উপায় তুমিন্না লৈবগী মশক মৌন ঐমক্তি জ্ঞান শৈবশিংগী জ্ঞান কৃষ্ণ ঐনি ॥ ৩৮ ॥

যচ্চাপি সর্ব্বভূতানাং বীজং তদহমর্জ্জুন।
নতদস্তি বিনা যৎস্যান্ময়া ভূতং চরাচরম্ ॥ ৩৯ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — **অর্জ্জুন** – হে **অর্জ্জুন**! সর্ব্বভূতানাং – তাইবঙ পূম্বনী যৎ চ অপি বীজং – পোক্লবা থায়দগী অহান্বা মরু ওইবা মরম তং অহং – মহ কৃষ্ণ ঐনি ময়াবিনা য স্যাৎ – কৃষ্ণ ঐ য়াওদনা লৈবা যাবা, ত চরাচরং ভূত = অহংগুম্বা অচ চত্ত করিগুম্বা পোং অমত্ত ন অস্তি – লৈতে ॥ ৩৯ ॥

অপুনবা অর্থ — হে **অর্জ্জুন**। তাইবঙ পূম্বনী পোক্লবা থায়দগী অহান্বা মরু ওইবা মরম অহ কৃষ্ণ ঐনি কৃষ্ণ ঐ য়াওদনা লৈবা য়াবা অহংগুম্বা অচং চত্ত করিগুম্বা পো অমত্ত লৈতে ॥ ৩৯ ॥

**অখুপ্পা বা**

অচং চত্ত তাইবঙ পূম্বসিগী চঙজক্কম ওইবা হৌরককম পরমেশ্বর পরমাত্মানি। অহংগুম্বা পরমাত্মাহ সাক্ষাৎ ভগবান শ্রীকৃষ্ণনি উপাধি ওইবা মায়ানা মরম ওইহনা মীওইবগী মওঙ ওইনা উবদনি। হায়রিবা উপাধিগী মশক ওইবা সত্ত্ব রজ অমসুং তম গুণ অহুম্না তিনবা মায়াসিগী মতেংদগী তাইবঙপান পূম্বসি ইবুংঙো মঙোন্দগী পোক্লকপনি। শ্রুতিনসু অস্নুম্না হায়রি— "তস্মাদ্বা এতস্মাদাত্মন আকাশ সংভূত আকাশাদ বায়ু বায়োবগ্নি অগ্নেরাপ অদ্ভ্য পৃথিবী পৃথিব্যা ওষধয় (তৈ উ ২।১।১) —"জীবাত্মাসিদগী করিমত্ত থেন্নদবা পরমাত্মা অহুদগী অহান্বদা আকাশ পোকখি আকাশদগী নুংশিং পোকখি নুংশিত্তগী মৈ পোকখি, মৈদগী ঈশিং পোকখি ঈশিংদগী পৃথিবী পোকখি পৃথিবীদগী উ রা মম্রা মশাংনচিংবা পূম্নমক পোকখি।" মসিদা "কার্য্যং সর্ব্বং কারণমাত্রম — থবক পূম্নমকসি স্থূপ্না মথোয়গী মচাক ওইবা মরম অহ নত্তনা অতোপ্প অমা নত্তে" হায়বা নিয়মগী মতুংইনা তাইবঙ পূম্বসিসু পূম্নমক্কী চঙজক্কম ওইনা মচাক ওইরিবা ইবুংঙো মঙোন্দগী অতোপ্পা অমা নত্তে। মায়ানা মরম ওইহনা ইবুংঙো মঙোন্দগী অনী ভবা ওইনা অতোপ্পা ওইহনা তাইবঙসি উবদনি। মরম অসিনা ভাগবতকী মন্নুংদা অস্নুম্না হায়রি—

অবিদ্যামানোঽপ্যবভাতিদ্বযো
ধ্যাতুর্ধিযা স্বপ্নমনোরথৌ যথা ॥
(ভাগ ১১।২।২৮)

"অনীশুবা লৈবগুম তৌরিবা তাইবঙসি মিথ্যানি ( উরবস্থু অশেংবমক্তি মতম অক্তশ্মক্ত লৈরবনি ) মঙ অমস্থু, মশোয়থদা ( য়াথলদা ) উবা পোং মিথ্যা ওইবুরবস্থু মতগী থ্যান তৌবা মীশিংগী পুক্রীংদা অচুম্বা ওইনা উবগী মতৌশুম্না তাইবঙসিস্থ অচুম্বা ওইনা উবনি।"

মরম অসিনা শ্রীভগবাম্না ইবুংঙো মহাক য়াওদবা করিগুম্বা অমত্ত তাইবঙসিদা লৈতে তাকপনি। ৩৯।

শ্রীভগবানগী বিভূতিশিং হায়বসিবু লোইশিন্দুনা মসিগী ভমখৈ লৈতববু অস্থম্না তাক্লি—

নান্তোঽস্তি মম দিব্যানাং বিভূতীনাং পরন্তপ।
এষ তূদ্দেশত প্রোক্তো বিভূতের্বিস্তরো ময়া ॥ ৪০ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**— পরন্তপ—যেক্কবশি বু য়াম্বা হে অর্জুন! মম=কৃষ্ণ ঐগী দিব্যানাং= অমকপা লৈত্রবা বিভূতীনা=কোংদোক্কনা লৈবা মতীক মঙালগী ন অন্ত অস্তি=অয়োইবা লৈতে বিভূতে=কৃষ্ণ ঐগী কোংদোক্কনা লৈবা ইতীক ইঙালগী এষ তু বিস্তর—শন্দোকপা খরদং অসিবুদি উদ্দেশত ময়া প্রোক্ত=য়াম্না শম্না ঐনা হায়বনি। ৪ ।

**অপনবা অর্থ ঃ**— যেক্কবশি বু য়াম্বা হে অর্জুন! কৃষ্ণ ঐগী অমকপা লৈত্রবা কোঙদোক্কনা লৈবা ইতীক ইঙালগী ( বিভূতিগী ) ভমখৈ লৈতে। অহুমক ওইনা ঐগী বিভূতিগী শন্দোকপা খরদ সিবুদি য়াম্না শম্না ঐনা হায়বনি ॥ ৪ ॥

অতুমক ওইতুবস্থ শ্রীভগবানগী কোঙদোক্কনা লৈবা মতীক মঙালশিংবু ( বিভূতিশিংবু ) মীংখিনা খঙনী বা ভক্তশিংনা কদায় কদায়দা মহু খঙবা য়াগদগে হায়বহু অস্থম্না তাক্লি—

যদ যদ্বিভূতিমৎসত্ত্বং শ্রীমদূর্জিত মেব বা।
তৎ তদেবাবগচ্ছ ত্বংমম তেজোঽংশসম্ভবম্ ॥ ৪১ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**— যৎ যৎ সত্ত্ব—কনা কনাগুম্বা খরায়পানবা জীব, বিভূতিমৎ=মতীক মগুণ লৈবা শ্রীমৎ=লল থুম অমদি ফজবা মঙালগা লোয়নবা হকচাং লৈবা বা—নত্রগা, উর্জিতং এব—মপাঙ্গল য়াম্না কন্নমক্ত ওইবদি, ত ত এব=মহু মহুমক্তবু ত্বং—অর্জুন নহাক্না মম—পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐগী, তেজোংশসম্ভবং=মঙালগী মশক ওইবা শক্তিগী শরুক্তগী পোকপনি হায়না অবগচ্ছ=খঙউ। ৪১ ॥

**অপুনবা অর্থ ঃ**— কনা কনাগুম্বা খরায় পানবা জীব, মতীক মগুণ লৈবা লল থুম লৈবা অমদি শাওগু-শাদা ফজবা নত্রগা মপাঙ্গল য়াম্না কন্নমক্ত ওইরবদি মহু মহুমক্ত অর্জুন নঙনা কৃষ্ণ ঐগী মঙালগী মশক ওইবা শক্তিগী শরুক্তগী পোকপনি হায়না খঙউ ॥ ৪১ ॥

মতৌ অস্থম্না অহানবদা অমমম ওইনা বিভূতিশিংবু তাক্লগা হৌজিক অয়োইবদা খোমজিন্দুনা পুম্না মহুবু তাক্লি—

অথবা বহুনৈতেন কিং জ্ঞাতেন তবার্জ্জুন।
বিষ্টভ্যাহমিদং কৃৎস্নমেকাংশেনস্থিতো জগৎ ॥ ৪২ ॥

ইতি শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতাসূপনিষৎসু ব্রহ্মবিদ্যাযাং যোগশাস্ত্রে শ্রীকৃষ্ণার্জ্জুন সংবাদে বিভূতি যোগোনাম দশমোঽধ্যায ॥ ১ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** ঃ— অথবা—মসি নত্রগা, অর্জ্জুন—হে অর্জ্জুন। তব—নহাক্নোদমক এতোর বহুনা—অমমম ওইবা অস্নুক য়াম্না অসিবু জ্ঞাতেন কিং—খঙলুবগা করি কান্নগনি অহং = সাক্ষাৎ পরব্রহ্ম কৃষ্ণ ঐ, ইদং কৃৎস্নং জগৎ—অচৎ চত্ত তাইবঙ পুম্বসিবু একাংশেন বিষ্টভ্য=এগী মচী (শরুক মচেং) অমদা পুন্থনা থম্লগা স্থিত=লৈরিবনি ॥ ৪২ ॥

**অপুনবা অর্থ** ঃ— মসি নত্রগা হে অর্জ্জুন। নহাক্না অমমম ওইনা অস্নুক য়াম্না— মসিবু খঙলুবগা করি কান্নগনি? সাক্ষাৎ পরব্রহ্ম কৃষ্ণ ঐনা অচৎ চত্ত তাইবঙ পুম্বসিবু ঐগী মচী (শরুক মচে) অমদা পুন্থনা থম্লগা লৈরিবনি। ৪২ ॥

অথুপ্পা বা

শ্রীভগবান কৃষ্ণ অসি নিরাকার (মওং লৈতবা) নির্গুণ (গুণ অমত্ত লৈতবা) অমস্ত সচ্চিদানন্দ (সৎচিৎ আনন্দ ওইবা) অনীশুবা লৈতবা পরব্রহ্মমক্কি। ইবুঙো মাগী শক্তি ওইবা মায়ানা মরম ওইদুনা মশক নাইবা কৃষ্ণ ওইনা ফোংদোকপনি অমস্ত ময়াম ওইনা উবনি। মতৌ অম্মুম্না পরব্রহ্মগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙো মহাক্না মযাম ওইনা ফোংদোক্লিবা পুম্নমক অদুগী মকোক মকোক ওইবশিংবু মাগী বিভূতিশিং নি হায়না তাকপনি। মতুদা ইবুঙো মাগী অশেংবা মশক তাক্নে হায়বগীদমক অধ্যায় অসিগী অরোইবা শ্লোকসিদা, উবিবা মযামসিবু খঙলুবগা করি কাবগনি ভগবান মাগী অমত্ত ওইবা অশেংবা মশক অদু খঙউ মদু খঙলগা ভগবান মতোন্দা তিননবী মশক ওইবা মোক্ষ ফংগনি হায়না পাউতাক পীবনি। মরমদি উবিবা পুম্নমকসি মায়ানা মরম ওইদুনা চঙজগম ওইবা ব্রহ্মদা উৎপা তাক্নি অশেংবা অমত্ত লৈতে। মায়াদুনস্ত ইবুংঙো মাগী (ব্রহ্মগী) শরুক অমদা চঙজদুনা লৈবগা তাইবং পুম্বসিবু মথল মথা অরাম্বা মওংদা, সিনেনাগী প্রদাদা উৎপগী মতৌগুম্না উদম্লগা থবায় পানবা পুম্নমকপু গুমকত্তুনা থম্লিবনি। ইবুংঙো মাগী শরুক অমদা তাইবঙ পুম্ব লৈ হায়বসিবু শ্রুতিনা অম্মুম্না তাক্লি— "পাদোঽস্য বিশ্বা ভূতানি ত্রিপাদস্যাঽমৃতং দিবি" (যজু ৩১।৩)— "পরব্রহ্মগী মশং অমদা অচৎ চত্ত তাইবঙ পুম্নমকসি চঙজদুনা লৈ অদুগা মশং অহুমদি মাগী অশেংবা মঙালগী মশক ওইবা চেতন অংদা অমৃত ওইনা লৈ।" মসিনু মফম অসিদস্ত শ্রীভগবান কৃষ্ণনা মাগী মচী অমদা তাইবঙপুম্বা পুন্থনা লৈ তাকপনি। অদুবু অশেংবমক্তি ইবুংঙো মাগী মচেং মশং নচিংবা অমত্ত লৈতে, মাদি অতেক অকায় লৈতনা মওং লৈতনা শীনবুনা লৈদ্রিবনি। আকাশ তশেংনা মচেং মকায় লৈতনা

লৈরবসু মাগী মচী অমদা নুমিৎ থা মচি বা লৈবগী মতৌঙুম্না পরব্রহ্মগী মশক ওইবা ইবুংঙো মাগী শক্তক অমদা তাইবঙপুম্বা লৈ হায়রবনি। অদুগা ইব ঙো মঙোন্দা চঙজদুনা লৈরিবা তাইবঙ অদুসু মায়ানা উৎপা মরম্না লৈ হায়না খঙনবদনি তশে বদি মতম অহুম্মক লৈতে। মরম অসিনা শ্রুতিনা অসুম্না হায়রি—"জগন্নাম্না চিদাভাতি সর্ব্বং ব্রহ্মৈব কেবলম্।" (শ শি উ ৪।১৮) তাইবঙ (জগৎ) হায়না কৌদুনা সূপ্ন চংক্রম ওইনা লৈবা চেতনমক উই তশে বমক্তি পুম্নমকসি ব্রহ্মমক্তনি।" মসিগী খুদমদি— লিন ওইনা থোরামক্তবু উই উরিবা লিন অত থোবী মকক্তগী অতোপ্পা নত্তে। মতৌ অদুম্না মসিদসু শংঙগদবনি। মরম অসিনা শ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙো মাগী মশক ওইবা ব্রহ্ম মত্তুনা অতোপ্পা অনীশুবা পোৎ অমত্তু লৈতে। মসিবুস শ্রুতিনা অসুম্না হায়রি— "একমেবাহদ্বিতীয়ং ব্রহ্ম নেহ নানাস্তি কিঞ্চন।" (ত্রি ম উ ৩।২)— অনীশুবা লৈতবা অমত্তংদা ওইবা ব্রহ্মনি মসিদা ময়াম ওইবা করিগুম্বা পোৎ অমত্তু লৈতে।" মরম অসিনা জ্ঞানীগী মীৎয়েংদা য়েংলবদি জীবআত্মাসিসু ব্রহ্মমক্তি মঙোন্দগী অতোপ্পা নত্তে। জীববু ব্রহ্মনি হায়না খঙলবা মত দা মঙোন্দগী অতোপ্পা খঙগদবা পোৎ অমা লৈক্তৌদে। ব্যবহারদা উরিবা খঙলিবা পুম্নমকসিবু 'মিথ্যা' (মতম অমদা লেপবা) ওইনা জ্ঞানীশিংনা উই। মরম অসিনা শ্রুতিনা হায়রি— 'আত্মনি বিজ্ঞাতে সর্ব্বমিদং বিজ্ঞাতং ভবতীদং সর্ব্বং যদয়মাত্মা।" (বৃ উ ২।৪।৬) — আত্মাগী শংশঙনা উবা জ্ঞান লৈরবদা লেংঙলি পাম্রিবা পগমকসি খঙবা ওই উরিবা খঙলিবা পম্নমকসি আত্মা অসিনি।" মসিদগী শ্রুতিনা অসুমুসু হায়রি—

যথাখণ্ডসুখাম্ভোধৌ লভ্যধা বিশ্ববীচয়ঃ।
উৎপদ্যন্তে বিলীয়ন্তে মায়ামারুতবিভ্রমাৎ॥
(কু উ ১৪)

"লেংঙদনা অমসুং মচেং তাদনা লৈবা নুংঙাইবগী সমুদ্রগী মশক ওইবা পরমাত্মা ঐঙোন্দা মায়াগী মশক ওইবা নুংশিৎ শীৎপদগী ভ্রম ওইনা (চুমদবা ওইনা) মথল মথা অয়াম্বা তাইবঙগী মশক ওইবা ঈথকুশিং পোক্লকই অমসুং লেমথই।"

মতৌ অসুম্না অচৎ চত্ত তাইবঙ পুম্নমকপু মায়ানা মরম ওইদুনা ইবুংঙো মাগী মচী (শক্তক) অমদা পুদুনা লৈরিবা শ্রীভগবানগী অশেবা মশক পরব্রহ্মবু ভক্ত ওইবা মীশিংনা ধ্যান তৌদুনা শংশঙনা খঙনবা হোৎনগদবনি। মতুত্তদা মীওইবগী মপোক অসি মহৈ য়ানগদবনি ॥ ৪২ ॥

মতৌ অসুম্না শ্রীভগবান্না শকপা উপনিষ শিংদা ব্রহ্মবিদ্যাগী মশক ওইবা যোগশাস্ত্রগী মসুংদা, অর্জুন অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী য়াথং পাউথুম ওইনা ডাংনবদা "বিভূতিযোগ"
কৌবা তরাশুবা অধ্যায়গী স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিনা
ইদা অথুপ্পা ৱাগা লোয়নবা অন্বয়
ব্যাখ্যা লোইরে ॥ ১০ ॥

—ওঁ—



# শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতা

**ওঁ ভগবতে বিশ্বরূপায় কৃষ্ণায নমঃ ॥**

**( একাদশোঽধ্যায়ঃ )**

## তরামাথোইশুবা অধ্যায়

তরামাথোইশুবা অধ্যায়সিগী মমিং বিশ্বরূপদর্শননি। অধ্যায় অসিদা শ্রীভগবানা মাগী মায়ানা উৎলিবা বিশ্বরূপ ( বিরাটকী মশক ) অদুদা সৃষ্টি নচিংবা থবক পুম্নমক উহনগনি অমসুং মদু উবগা অর্জুননা য়াম্না ঙকুনা প্রার্থনা তৌগনি। মদুদসু মথক্কী অধ্যায়গী অরোইবদা "বিষ্টভ্যাহমিদং (১০।৪২) অসিনচিংবনা 'কৃষ্ণ ঐনা তাইবংপুম্বসিবু ঐগী শরুক অমদা পুদুনা থম্লগা লৈ হায়খিবদু তাবগা অর্জুননা ইবুংঙো মাগী বিশ্বরূপ ( তাইবং পুম্বগী মশক ওইবা বিরাট রূপ ) অদুবু শংশনা য়েংনীংদুনা অস্মুম্না হায়জবা হৌই—

**অর্জ্জুন উবাচ**

**মদনুগ্রহায পরমং গুহ্যমধ্যাত্মসংজ্ঞিতম্।**
**যত্ত্বযোক্তং বচস্তেন মোহোঽযং বিগতো মম। ১॥**

**অন্বয়।**— অর্জ্জুন উবাচ— ত্বয়া মদনুগ্রহায় যৎ পরমম্ গুহ্যম অধ্যাত্মসংজ্ঞিতম্ বচ উক্তম তেন মম অয়ম মোহ বিগত।

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — অর্জ্জুন উবাচ = অর্জ্জুননা হায়জখি ত্বয়া — ইবুংঙো নহাক্না, মদনুগ্রহায় — অর্জ্জুন ঐগী ইকমদা থৌজানবীবগীদমক্ যৎ পরমং গুহ্যং — য়াম্না থুপ্না লৈরবা, অধ্যাত্মসংজ্ঞিতং = অধ্যাত্ম হায়বা কৌবা আত্মা অমসুং আত্মা নত্তবা পোৎ অনীবু খাইদোক্নুনা তাকপগী মশক ওইবা বচ উক্তং = ৱা হায়বিখি, তেন — হায়বিখিবা ৱা অদুনা মম = অর্জ্জুন এগী, অয়ং মোহ = আত্মা নত্তবা পোৎশিংদা য়াম্না নুংশিবা মরমদগী শুমহৎনা লৈরম্বদু বিগত = চংখোকখ্রে। ১॥

**অপুনবা অর্থ।**— অর্জ্জুননা হায়জখি ইবুংঙো নহাক্না ঐগী ইকমদা থৌজানবীদুনা য়াম্না থুপ্নব অধ্যাত্ম হায়না কৌবা আত্মা অমসুং আত্মা নত্তবা পোৎ অনীবু খাইদোক্নুনা তাকপগী মশব ওইবা ৱা হায়বিখি, ৱা অদুনা ঐগী আত্মা নত্তবা পোৎশিংদা শুমহৎনা লৈরম্বদু চংখোকখ্রে। ১

## অথূপ্পা বা

আত্মাবু হীরম ওইনা লৌতুনা হায়বা বাবু অধ্যাত্ম কৌই। শ্রীভগবান্না—"অশোচ্যানন্বশোচস্তং" গী ২।১১)— 'বাফম থোক্তবা ভীষ্ম দ্রোণ নচিংবনু লৌতুনা নহাক্ত বাবি" মসিদগী হৌতুনা— "ন জায়তে ম্রিয়তে বা কদাচিৎ" (গী ২/২ )—"আত্মা কৈদৌঙৈদসু পোক্তে অমসু, শিদে" অসি নচিংবনা আত্মাগী অশেংবা মশক মওং তাকখি। মতুবু নীংখিনা খঙহনা অর্জ্জুন্না মাগী মোহ ( আত্মাবু খঙদবদগী আত্মা নত্তবা পোংশিংদা শুমহত্তুনা লৈবা ) অদু কোকথ্রে হায়বনি। অদুগা অধ্যাত্মবু য়াম্না থুপ্না হায়বগী মরমদি—মতীক চাদবা মফমদা আত্মাগী অশেংবা মশক তাকপা কৱিমত্ত কাম্নদে। অমোংপা ফিবু মচু শঙবদা মচু লাক্তবগুম্না শেংদবা পুক্নীংদা আত্মাগী বা লৈতানা লৈতে। মরম অসিনা মতীক চাবা মী য়েংলগা আত্মাগী বা হায়গদবনি মতীক চাদবা মীদগীদি য়াম্না থুপ্না খমগদবনি হায়বসিবু শাস্ত্রনা তাক্তনা থম্লি। মতুবু লৌতুনা "য়াম্না থুপ্পা অধ্যাত্মগী বা" অস্থুম্না অর্জ্জুন্না হায়রিবনি ।১॥

তরেৎশুবা অধ্যায়গী তরাশুবা অধ্যায় যাওবদা শ্রীভগবান্না সগুণ ব্রহ্মগী মরমদা উপাসনাগীদমক হায়খিবা অদুবুসু লৌরগা অর্জ্জুন্না অস্থুম্না হায়রি—

ভবাপ্যযৌ হি ভূতানাং শ্রুতৌ বিস্তরশো ময়া।
ত্বত্তঃ কমলপত্রাক্ষ মহাত্ম্যমপি চাব্যয়ম্ ॥ ২॥

অন্বয় — কমলপত্রাক্ষ! ত্বত্ত ভূতানাং ভবাপ্যয়ৌ হি বিস্তরশ ময়া শ্রুতৌ অব্যয়ং মাহাত্ম্যং অপি চ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — কমলপত্রাক্ষ—থম্বাল মনাগী মতৌগুম্না নীংথিজরবা মীৎ অনীনা নওগী ওইবা হে ইবুঙো! ত্বত্ত—ইবুঙো নঙোন্দগী ভূতানাং—অচৎ চত্ত তাইবং পুম্নমক্কী ভবাপ্যযৌ হি—পোকপা অমসু মাঙবা ওই হায়বসিবু বিস্তরশ =য়াম্না শুগাইনা, ময়া শ্রুতৌ=ঐনা তাজরে চ—অদুগা অব্যয়ং=মাঙ তাকপা লৈত্রবা, মহাত্ম্য অপি ( শ্রুতম )=নতীক নগুণবুসু তাজরে॥২॥

অপুনবা অর্থ :— হে কমলনয়ন। ইবুঙো নঙোন্দগী অচৎ-চত্ত তাইবং পুম্নমক্কী পোকপা অমসু মাঙবা ওই হায়বসিবু য়াম্না শুগায়না ঐনা তাজরে অদুগা মাঙ-তাকপা লৈত্রবা নতীক-নগুণবুসু তাজরে॥ ২॥

এবমেতদ যথাৎথ ত্বমাত্মানং পরমেশ্বর।
দ্রষ্টুমিচ্ছামি তে রূপমৈশ্বরং পুরুষোত্তম ॥ ৩॥

অন্বয় :— পরমেশ্বর! ত্বং আত্মান্ যথা আংথ এতং এবম। পুরুষোত্তম! তে ঐশ্বরং রূপং দ্রষ্টুং ইচ্ছামি॥

অন্বয় ব্যাখ্যা :— পরমেশ্বর=হে পরমেশ্বর! ত্বং=ইবুঙো নহাক্ত, আত্মানং—নিগুণ নিরাকার অমসুং সগুণ সাকার ওইবা নশাগী মওওগী মরমদা, যথা আংথ=অদুম্না শন্দোক্না

তাকপিয়্রি, এতৎ এবম — মহু অশেংবমক্লি ( মচদা ঐগী খাজদবা করিমত্ত লৈতে, অহম্নদি ওইরবদা ), পুরুষোত্তম — মুপাশিংগী মমু্ংদা খ্বায়দগী অথোইবা হে ভগবন। তে — ইবুংঙো মহাক্কী, ঐশ্বরং রূপং — ঈশ্বরগী রূপ ( মশক ) অহৎবু, দ্রষ্টুং ইচ্ছামি — ঐনা য়েংবা পামই ॥ ৩ ॥

অপূনবা অর্থ :— খ্বায়দগী অথোইবা হে ঈশ্বর। ইবুংঙো মহাক্না মশাগী মওঙগী মরমদা অহম্না শন্দোক্লা তাকপীরি, মহু অশেংবমক্লি করিমত্ত চি মকম লৈতে অহম্নদি ওইরবদা মুপাশিংগী মমু্ংদা খ্বায়দগী অথোইবা হে ভগবন। ইবুংঙো মহাক্কী ঈশ্বরগী ওইবা মশক অহৎবু ঐনা য়েংবা পামই ॥ ৩ ॥

মন্যসে যদি তচ্ছক্যং ময়া দ্রষ্টুমিতি প্রভো।
যোগেশ্বর ততো মে ত্বং দর্শয়াত্মানমব্যয়ম্ ॥ ৪ ॥

অন্বয় ঃ— প্রভো যদি তৎ ( রূপং ) ময়া দ্রষ্টুং শক্যং ইতি মন্যসে। তত যোগেশ্বর! ত্বং মে অব্যয়ং আত্মান দর্শয় ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — প্রভো = পূম্নমক্কী মপু ওইবা হে স্বামিন! যদি — করিগুম্বা ত ( রূপ ) — ইবুংঙো মহাক্কী মশক অহৎবু ময়া দ্রষ্টুং শক্য = অর্জুন ঐনা যে ঙবা ঙমগনি ইতি মন্যসে — অসুম্না খনবিরবদি তত — মহু ওইরবদি যোগেশ্বর = যোগীশিংগী হে ঈশ্বর! ত্বং — ইবুংঙো মহাক্না মে = ঐগীদমক, অব্যয়ং = মাঙবা লৈত্রবা, আত্মানং = মহাক্কী বিশ্বরূপ ওইবা মশক অহৎবু দর্শয় — য়েংহনবিয়ু ॥ ৪ ॥

অপুনবা অর্থ ঃ— পূম্নমক্কী মপু ওইবা হে ভগবন! করিগুম্বা মশক অহৎবু ঐনা য়েঙবা ঙমগনি অসুম্না খনবিবা থোক্রবদি যোগীশিংগী হে ঈশ্বর! ইবুংঙো মহাক্ন ঐগীদমক মাঙবা লৈত্রবা মশক অহৎবু য়েংহনবিয়ু ॥ ৪ ॥

অর্জুননা ইবুংঙো মাগী বিশ্বরূপ ওইবা মশক য়েংগে হায়জরবদা শ্রীভগবাননা মঙোন্দা অসুম্না হায়বা হৌই—

শ্রীভগবানুবাচ

পশ্য মে পার্থ রূপানি শতশোহথ সহস্রশঃ।
নানাবিধানি দিব্যানি নানাবর্ণাকৃতীনি চ ॥ ৫ ॥

অন্বয় ঃ— শ্রীভগবান উবাচ — পার্থ। মে নানাবিধানি নানাবর্ণাকৃতীনি চ শতশ অথ সহস্রশ দিব্যানি রূপাণি পশ্য।

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— শ্রীভগবান্ উবাচ = শ্রীভগবাননা হায়বিখি — পার্থ — পৃথা ( কুন্তীগী মচানুপা ) হে অর্জুন! মে = কৃষ্ণ ঐগী নানাবিধানি = মথল মখা অয়াম্বা, চ — অমসুং, নানাবর্ণাকৃতীনি — মাম্নবা

মচু মওঙমা তিন্নবা, শতশ=চামা চামা, অথ—অতুগা, সহস্রশ—লীশি, লীশিং, দিব্যানি—অমকপা লৈত্রবা রূপাসি পশ্য—ইশকশিংবু য়েংউ ॥ ৫ ॥

**অপুনবা অর্থ ঃ—** শ্রীভগবাননা হায়খি— পৃথাগী মচানুপা হে অর্জুন ! কৃষ্ণ ঐগী মথক মথা অয়াম্বা থাম্লবা অমম্বুং মচু-মওঙশিং না তিন্নবা চাম চামা অতুগা লীশি লীশি, ওইবা মতুংবা ইশকশিংবু য়েংউ ॥ ৫ ॥

শ্রীভগবাননা অর্জুনবু য়েংনপৌখিবা মশকশিং অতুবু শম্নপ্না শ্লোক অনীদা অস্মনা হায়খি—

পশ্যাদিত্যান্ বসূন্ রুদ্রানশ্বিনৌ মরুতস্তথা।
বহূন্যদৃষ্টপূর্বাণি পশ্যাশ্চর্যাণি ভারত ॥ ৬ ॥

**অন্বয় ঃ—** ভারত ! আদিত্যান বসূন রুদ্রান অশ্বিনৌ তথা মরুত পশ্য বহূনি অদৃষ্টপূর্বাণি আশ্চর্যাণি পশ্য।

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—** ভারত—ভরতকী শাগৈদা পোকপা হে অর্জুন ! আদিত্যান—অদিতি কৌবা লাই তরানিথোইব বসূন=মায়ৈক চাকপা বসু কৌবা লাই নীপানব রুদ্রান=রুদ্র কৌবা শ রুদ্রচি বা লাই তরামাথোইব অশ্বিনৌ—অশ্বিনীকুমার কৌবা লাই মচীন মনাওব তথা—মাতৌ অতুম্না মরুত=মরুৎ কৌবা লাই নীক্ৰমাপনব পশ্য—য়েংউ (মসিদ মতুংদা) বহূনি—থামগ্রবা অদৃষ্টপূর্বাণি—অদু নবদা কৈদৌঙৈদসু উখিদ্রবা আশ্চর্যাণি=অঙকপগী মশক ওইবা পোংশিংবু পশ্য=য়েংউ ॥ ৬ ॥

**অপনবা অর্থ ঃ—** ভরত শাগৈদা পোকপা হে অর্জুন। অদিতি কৌবা লাই তরানিথোইব মায়কৈ চাকপা বসু নীপানব রুদ্র তরামাথোইব অশ্বিনীকুমার অনীবু মতৌ অতুম্না মরুৎ কৌবা লাই নিক্ৰমাপনবু য়েংউ মসিদ মতুংদা অহানবদা উখিদ্রবা অয়াম্বা অঙকপগী মশক পোংশিংবুসু য়েংউ ॥ ৬ ॥

লাইশিংদ মতুংদা তাইবঙ পম্বসি ইবুঙো মাগী বিরাট ওইবা হকচাংদা লৈরিবহৌবু য়েংউ হায়খি—

ইহৈকস্থং জগৎ কৃৎস্নং পশ্যাদ্য সচরাচরম্।
মম দেহে গুড়াকেশ যচ্চান্যদ্ দ্রষ্টুমিচ্ছসি ॥ ৭ ॥

**অন্বয় ঃ—** গুড়াকেশ ! অদ্য ইহ মম দেহে একস্থং সচরাচরং কৃৎস্নং জগৎ পশ্য, যৎ চ অন্যৎ দ্রষ্টুং ইচ্ছসি, (তৎ অপি পশ্য)।

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—** গুড়াকেশ—তুম্ববু খুঠম চম্নবা থম্বা ওম্বা (তুমদবা ওম্বা) হে অর্জুন ! অদ্য—ওসি, ইহ মম দেহে=কৃষ্ণ ঐগী হকচাং অসিদা, একস্থং—মচী অমদা কায়াং ওইনা লৈরিবা, সচরাচরম্—অচং চত থবায় পানবা পুম্নমক অসিবু, কৃৎস্নং জগৎ—তাইবঙ পুম্বসিদু,

পশ্য—হংনা য়েংউ, চ—অদুগা, যৎ অন্যৎ=মসিদ নত্তবা অতোপ্পা করিগুম্বা, দ্রষ্টু ইচ্ছসি—য়েংবা পাম্নবদি (তৎ অপি পশ্য)—মহুবুস্ত্ন য়েংউ ॥ ৭॥

অপূনবা অর্থ :—তুমদবা গুম্বা হে অর্জ্জুন! ঙসি ঐগী হকচাংসিদা কায়াৎ ওইনা মচৌ অমদা লৈরিবা থন্নায় পানবগা লোয়নবা তাইবঙ পুম্নসি য়েংউ, মসিদ নত্তন অতোপ্পা য়েংনীংবা পোংস্ন য়েংউ ॥ ৭॥

মরিগুবা শ্লোকতা অর্জ্জুনা—"ইবুংঙো নহাক্কী বিরাট ওইবা মশক অদুবু ঐনা য়েংন্নবা ঙমগনি থনবীরবদি" অস্তুম্না হায়খিবদুগী পাউখুম ওইনা শ্রীভগবান্না অস্তুম্না পীরি—

ন তু মাং শক্যসে দ্রষ্টুমনেনৈব স্বচক্ষুষা।
দিব্যং দদামি তে চক্ষুঃ পশ্য মে যোগমৈশ্বরম্ ॥ ৮ ॥

অন্বয় —অনেন স্বচক্ষুষা এব মাং দ্রষ্টুং ন তু শক্যসে তে দিব্য চক্ষু দদামি, মে ঐশ্বরং যোগং পশ্য।

অন্বয় ব্যাখ্যা —অনেন স্বচক্ষুষা এব= নহাক্কী অচম্বা মীৎ অসিনদি,, মাং দ্রষ্টুং ন তু শক্যসে—বিরাটকী মশক লৌদুনা লৈবা কৃষ্ণ ঐবু য়েংবা শৃকঙম ঙম্লোই, (মরম অসিনা)—তে—নংগীদমক, দিব্যং চক্ষু দদামি=জ্ঞানগী মশক ওইবা মীৎ ঐনা পীরি (পীরিবা মীৎ অদুনা) মে—কৃষ্ণ ঐগী, ঐশ্বরং যোগং—ঈশ্বরগী ওইবা মতীক মগুণ অদুবু পশ্য—য়েংউ ॥ ৮॥

অপুনবা অর্থ —হে অর্জ্জুন! নহাক্কী অচম্বা মীৎ অদুনা বিরাটকী মশক লৌরিবা কৃষ্ণ ঐবু য়েংবা ঙম্লোই মরম অসিনা নংগীদমক জ্ঞানগী মশক ওইবা মীৎ ঐনা পীরি মদুনা নহাক্না কৃষ্ণ ঐগী ঈশ্বরগী ওইবা ইগুণবু য়েংউ ॥ ৮॥

শ্রীভগবান্না অর্জ্জুনবু অমকপা লৈত্রবা বিশ্বরূপ য়েংহনবা অদুগী মরমদা সঞ্জয়না ধৃতরাষ্ট্র নিংথৌগী মকমদা তাকুনা (লৌদুনা) অস্তুম্না হায়রি—

সঞ্জয় উবাচ

এবমুক্ত্বা ততো রাজন্ মহাযোগেশ্বরো হরিঃ।
দর্শয়ামাস পার্থায় পরমং রূপমৈশ্বরম্ ॥ ৯ ॥

অন্বয়ঃ—সঞ্জয় উবাচ—রাজন্! মহাযোগেশ্বর হরি এবং উক্ত্বা ততঃ পার্থায় পরমং ঐশ্বরং রূপম দর্শয়ামাস।

অন্বয় ব্যাখ্যা —সঞ্জয় উবাচ—সঞ্জয়না হায়— রাজন=হে মহারাজ ধৃতরাষ্ট্র! মহাযোগেশ্বর হরি=খ্বায়দগী অথোইবা অমস্তং যোগীশিংগী মপু ওইবা শ্রীহরিনা (ভক্তশিংগী পাপ পুম্নমকপু কোকপীহৈবা শ্রীভগবান্না), এবং উক্ত্বা—অচম্বা মীৎনদি ঐবু উবা ঙম্লোই, ঐবু উবা

ঊমনবা জ্ঞানগী মশক ওইবা মীৎ পীগে অসুম্না হায়রগা তত — মহুগী মতুংদা, পার্থায় — পৃথা (কুন্তী) গী মচানুপা অর্জ্জুনগীদমক পরম্ রূপ্ — খ্বাইদগী অথোইবা বিশ্বরূপ ওইবা মশক অহুবু দর্শয়ামাস — য়েংহনখি ॥ ৯ ॥

**অপুনবা অর্থ ঃ—** সঞ্জয়না হায়—হে মহারাজ ধৃতরাষ্ট্র ! খ্বাইদগী অথোইবা অমসুং যোগীশিংগী মপু ওইবা শ্রীহরিনা অসুম্না হায়রগা মহুগী মতুংদা অর্জ্জুনগীদমক মাগী খ্বাইদগী অথোইবা বিশ্বরূপ ওইবা মশক অহুবু য়েংহনখি ॥ ৯ ॥

অর্জ্জুনবু য়েংহল্লিবা ইবুংঙো মাগী মশক অহুবু সঞ্জয়না অসুম্না তাকই—

অনেকবক্ত্রনয়ন মনেকাদ্ভুত দর্শনম্ ।
অনেক দিব্যাভরণং দিব্যানেকোদ্যতায়ুধম্ ॥ ১০ ॥
দিব্য মাল্যাম্বরধরং দিব্যগন্ধানুলেপনম্ ।
সর্ব্বাশ্চর্য্যময়ং দেবমনন্তং বিশ্বতোমুখম্ ॥ ১১ ॥

অন্বয় — অনেকবক্ত্রনয়নং অনেকাদ্ভুতদর্শনং অনেকদিব্যাভরণং দিব্যানেকোদ্যতায়ুধম ॥ ১০ ॥ দিব্যমাল্যাম্বরধরং দিব্যগন্ধানুলেপনং সর্ব্বাশ্চর্য্যময়ং দেবং অনন্তং বিশ্বতোমুখং ( অর্জ্জুনায় দর্শয়ামাস ) ॥ ১১ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—** অনেকবক্ত্রনয়নং = ইবুংঙো মাগী রূপ ( মশক্ ) অহুদা মায়, মীৎ য়াম্না লৈরবা অনেকাদ্ভুতদর্শনং = উবদা অঙকপা পোকপা মশক য়াম্না লৈরবা, অনেকদিব্যাভরণং = মক্রুবা ফিজেৎ লৈতেং য়াম্না লৈরবা দিব্যানেকোদ্যত য়ুধং = মক্রুবা খুৎশু খুলাই ময়ামবু থাংগত্লুবা পায়রবা। ১০ ॥ দিব্যমাল্যাম্বরধর — মক্রুবা লৈ পরেং অমসুং ফিশিংবু থোল্লবা, দিব্যগন্ধানুলেপনং = মক্রুবা মনম নুংশিরবা চন্দন তৈরবা, সর্ব্বাশ্চর্য্যময়ং — পুম্নমক অঙকপগী মশক ওইরবা দেবং = মশামতোমদা ঙাননুবা লৈবা অনন্তং = ঙমখৈ লৈতবা পাক-চাউবা বিশ্বতোমুখং ( অর্জ্জুনায় দর্শয়ামাস ) = মায়কৈ পুম্নমক্তা মায় ওন্দুনা লৈবা মশক অহুবু অর্জ্জুনগী মফমদা য়েংহনখি। ১১ ॥

**অপুনবা অর্থ** — মায় মীৎ য়াম্না লৈরবা উবদা অঙকপা পোকপা রূপ ( মশক ) য়াম্ন লৈরবা, মক্রুবা ফিজেৎ লৈতেং য়াম্না লৈরবা, মক্রুবা খুৎশু খুৎলাই ময়ামবু থাঙগত্লুবা পায়রবা মক্রুবা লৈ পরেং অমসুং ফিশিংবু থোল্লবা, মক্রুবা মনম নুংশিরবা চন্দন তৈরবা পুম্নমক অঙকপগী মশক ওইরবা, অতোপ্পগী মতেং য়াওদবা মশা মতোমতা ঙাননুবা লৈবা, ঙমখৈ লৈতবা পাক-চাউবা অমসুং মায়কৈ পুম্নমক্তা মায় ওন্দুনা লৈবা ইবুংঙো মাগী মশক অহুবু অর্জ্জুনগী মফমদা য়েংহনখি ॥ ১০ ১১ ॥

শ্রীভগবানগী অঙকপা মশক অহু অতোপ্পগী মতেং য়াওদবা মতোমদা ঙাননুবা লৈ হায়বা মথক্কী শ্লোকতা "দেবং" হায়বা রাহৈ অসিনা খঙহনখিবহুবু হৌজিক চাংদম নহুনা সঞ্জয়না অসুম্না হায়রি—

দিবি সূর্য্যসহস্রস্য ভবেদ যুগপদুত্থিতা ।
যদি ভা: সদৃশী সা স্যাদ ভাসস্তস্য মহাত্মনঃ ॥ ১২ ॥

**অন্বয়ঃ**— যদি দিবি সূর্য্যসহস্রস্য ভা যুগপৎ উৎথিতা ভবেৎ সা (ভা) তস্য মহাত্মন ভাস সাদৃশী স্যাৎ।

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — যদি=করিগুম্বদা দিবি=অকাশদা (অতিয়াদা), সূর্য্যসহস্রস্য=মুমিং লীশী, অমগী ভা =মঙাল, যুগপৎ উৎথিতা ভবেৎ=মতম অমত্তদা থোকপা ওইরবদি, সা (ভা) অদুগুম্বা মুমিংশিংগী মঙাল অদু, তস্য মহাত্মন =বিশ্বরূপ লৌদুবা লৈরিবা মহাত্মা অদুগী, ভাস =মঙালগা, সদৃশী স্যাৎ=মান্নবা য়াই ॥ ১২॥

**অপুনবা অর্থ** — করিগুম্বদা মতম অমত্তদা অতিয়াদা মুমিং লীশী অমা থোক্লবা মঙাল শীবা তায়রবদি অদুগুম্বা মঙাল অদু বিশ্বরূপ লৌদুবা লৈরিবা মহাত্মা অদুগী মঙালগা মান্নবা য়াই ॥ ১২ ॥

"ইহৈকস্থং জগৎ কৃৎস্নং পশ্য"— "শ্রীভগবানগী হকচাংদা মচী অমদা লৈবা জগৎ পুম্ববু য়ে উ হায়রবা ৭গুবা শ্লোকতা শ্রীভগবান্না হায়খিবদুবু অর্জ্জুন্না শংশগুবা উদুবা খঙলে হায়বসিবু সঞ্জয়না তাক্লি—

তত্রৈকস্থং জগৎ কৃৎস্নং প্রবিভক্তমনেকধা।
অপশ্যদ্দেবদেবস্য শরীরে পাণ্ডবস্তদা।১৩।

**অন্বয়**.— তদা পাণ্ডব তত্র দেবদেবস্য শরীরে একস্থং অনেকধা প্রবিভক্তং কৃৎস্নং জগৎ অপশ্যৎ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা**:— তদা=মতম অদুদা (বিশ্বরূপ উবা মতম অদুদা) পাণ্ডব =পাণ্ডুগী মচা অর্জ্জুন্না, তত্র দেবদেবস্য শরীরে=লাইগীস্যু লাই ওইরবা ইবুংঙো মাগী হকচা অদুদা একস্থ =মচী অমদা লৈরিবা অনেকধা=মখল মখা য়াম্না প্রবিভক্তং=নীংখিবা খায়দোক্লবা কৃৎস্ন জগৎ =তাইবঙ পুম্ববু, অপশ্যৎ=উখি ॥ ১৩॥

**অপুনবা অর্থ** — মতম অদুদা পাণ্ডুগী মচা অর্জ্জুন্না লাইশিংগীস্যু লাই ওইরবা ইবুংঙো মাগী হকচাং অদুগী মচী অমদা লৈরিবা অমস্যুং মখল মখা য়াম্না নীংখিবা খায়দোক্লবা তাইবঙপুম্ববু উখি। ১৩॥

শ্রীভগবানগী বিশ্বরূপ অদুবু উরগা অর্জ্জুনগী পুক্নীং অমস্যুং হকচাংগী কীবম করম্না ওইখি হায়বসিবু হৌজিক সঞ্জয়না অস্যুম্না তাক্লি—

ততঃ স বিস্ময়াবিষ্টো হৃষ্টরোমা ধনঞ্জয়ঃ।
প্রণম্য শিরসা দেবং কৃতাঞ্জলিরভাষত।১৪।

**অন্বয়**:— ততঃ বিস্ময়াবিষ্ট হৃষ্টরোমা স ধনঞ্জয় দেবং শিরসা প্রণম্য কৃতাঞ্জলি অভাষত ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — ততঃ=মদুগী মতুংদা (বিশ্বরূপ উরবা তুংদা), বিস্ময়াবিষ্ট=অঙকপা পুক্নীংনা মাগী ওইরবা, হৃষ্টরোমা=মরম অসিনা হরাওবনা তু চুংলবা, স ধনঞ্জয় (অর্জ্জুন) অদুনা দেবং=বিশ্বরূপ লৌদুনা লৈরিবা ইবুংঙো মহাকপু, শিরসা প্রণম্য=কোক নোমদুনা খুরুমজরগা, কৃতাঞ্জলি=খুৎ অনী লোননবা, অভাষত=অস্যুম্না হায়জখি ॥ ১৪ ॥

**অপুনবা অর্থ** — মহাক্কী মতুংদা অংকপা পুক্নীংবা মাগী ওইরবা অনন্দ ফঙ্বাগদবনা ভু চু লবা অর্জুন অহুবা বিশ্বরূপ লৌহুনা লৈরিবা ইবুংঙো মহাকপু কোক নোন্দুনা খুরুমজরগা খুং অবী লোমহুনা অস্মুমা হায়রখি ॥ ১৪ ॥

অর্জ্জ ন উবাচ

পশ্যামি দেবাংস্তব দেব দেহে
সর্ব্বাংস্তথা ভূতবিশেষসংঘান্ ।
ব্রহ্মাণমীশং কমলাসনস্থ
মৃষীংশ্চ সর্ব্বানুরগাংশ্চদিব্যান্ ॥ ১৫ ॥

অন্বয় — অর্জ্জুন উবাচ—দেব ! তব দেহে সর্ব্বান দেবান তথা ভূতবিশেষসংঘান কমলাসনস্থ, ঈশ, ব্রহ্মাণ, ঋষীন চ সর্ব্বান দিব্যান চ উরগান পশ্যামি ।

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — অর্জ্জুন উবাচ—অর্জ্জুনা হায়রখি—দেব—নশা নতোমতা ঙানহুনা লৈরিবা হে ইবুংঙো ! তব দেহে—নহাক্কী বিশ্বরূপ ওইবা হকচাংসিদা সর্ব্বান দেবান=ইন্দ্র বস্ত্রনচিংবা লাই পুম্নমকপু তথ—মতো অহুম্না ভূতবিশেষস ঘান=অচং চত্ত মখল মখা অয়াম্বা থরায় পানবশিংবু কমলাসনস্থ =শ্রীভগবানগী খোযদোম্দা হৌবা থম্বালগী আসনদা ফমহুনা লৈবা ঈশং—অহুগা থরায় পানবা পুম্নমক্কী মথক্কী শাসন তৌরিবা ব্রহ্মাণ—মমায় (মচীন) মরি পানবা ব্রহ্মাবু চ=অমস্থ, সর্ব্বান ঋষীন—ভৃগু নচিংবা ঋষিশিংবু চ—অহুগা, দিব্যান উরগান—অমকপা লৈত্রবা বাসুকি নচিংবা লিনশিংবু, পশ্যামি—ঐনা উহুরি ॥ ১৫ ॥

অপুনবা অর্থ — অর্জুনা হায়রখি—নশা নতোমদা ঙানহুনা লৈবা হে ইবুংঙো। নহাক্কী হকচাংসিদা ইন্দ্র নচিংবা লাই পুম্নমকপু মতো অহুম্না অচং চত্ত মখল মখা অয়াম্বা থরায় পানবশিংবু শ্রীভগবানগী খোয়দোম্দা হৌবা থম্বালগী আসনদা ফমদুনা লৈবা অমস্থ, থরায় পানবা পুম্নমক্কী শাসন তৌরিবা মমায় (মচীন) মরি পানবা ব্রহ্মাবু, অহুগা ভৃগু-নচিংবা ঋষিশিংবু অমস্থ, অমকপা লৈত্রবা বাসুকি নচিংবা লিনশিংবু ঐনা উজরি । ১৫ ॥

অনেক বাহূদরবক্ত্রনেত্রং,
পশ্যামি ত্বাং সর্ব্বতোঽনন্তরূপম্ ।
নান্তং ন মধ্যং ন পুনস্তবাদিং
পশ্যামি বিশ্বেশ্বর বিশ্বরূপ ॥ ১৬ ॥

**অন্বয় :**— বিশ্বেশ্বর ! অনেকবাহূদরবক্ত্রনেত্র, অনন্তরূপ, ত্বা, সর্ব্বত পশ্যামি । বিশ্বরূপ ! তব ন অন্ত, ন মধ্য, ন পুন আদি, পশ্যামি ।

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — বিশেশ্বর=তাইবঙ পুম্বগী মপু ওইরিবা হে ইবুংঙো! অনেক বাহূদরবক্ত্রনেত্রং=পাম্বোম পুক, চীন (মায়) অমস্থু মীৎ যাম্না পানবা, অনন্তরূপং—মশীং লাকঙমদ্রবা মশক ওইবা ত্বাং—ইবুংঙো নহাকপু, সর্ব্বত—মে উ-য়েংডবা মফম পুম্নমক্তা, পশ্যামি—ঐনা উয়ি। বিশ্বরূপ—তাইবঙ 'পুম্বগী মশক ওইবা হে ইবুংঙো! তব=ইবুংঙো নহাক্কী, ন অন্তং=ওমথৈবু (উবা) ফংদে, ন মধ্যং=মযাংবু (উবা) ফংদে পুন=অদুগা ন আদি পশ্যামি—অহৌবা মফমবুস্থ উদে ॥ ১৬।

**অপূনবা অর্থ** — তাইবঙ পুম্বগী মপু ওইরিবা হে ইবু ঙো! পাম্বোম, পুক, মায় অমস্থু মীৎ য়াম্না পানবা মশীং লাকঙমদ্রবা মশক ওইবা ইবুংঙো নহাকপু মফম পুম্নমক্তা ঐনা উজরি। তাইবঙ 'পুম্বগী মশক ওইবা হে ইবু ঙো নহাক্কী ওমথৈ ময়ায় অমস্থু অহৌবা মফমবু উবা ফংদে ॥ ১৬।

কিরীটিনং গদিনং চক্রিণঞ্চ
তেজোরাশিং সর্ব্বতো দীপ্তিমন্তম্।
পশ্যামি ত্বাং দুর্নিরীক্ষ্যং সমন্তা—
দ্দীপ্তানলার্কদ্যুতিমপ্রমেয়ম্ ॥ ১৭ ॥

**অন্বয়** :— কিরীটিন গদিনং চক্রিনং চ সর্ব্বত দীপ্তিমন্তং তেজোরাশি দুর্নিরীক্ষ্যং সমন্তাং দীপ্তানলার্কদ্যুতিং অপ্রমেয়ং ত্বাং পশ্যামি।

**অন্বয় ব্যাখ্যা** —কিরীটিনং=লুহুপ্পা থোল্লবা গদিনং চক্রিন চ=গদা অমসুং চক্রবু পায়রিবা সর্ব্বত—মায়কৈ পুম্নমক্তা দপ্তিমন্তং তেজোরাশিং—ঙাল্লিবা মঙালগী মপেগী মশক ওইবা মরম অসিনা—দুর্নিরীক্ষ্য=য়েং ঙমদ্রবা সমন্তাং—মাযকৈ পুম্নমক্তা দীপ্তানলার্কদ্যুতিং—চাকখংলকপা মৈ অমসুং নুমিৎকী মতৌগুম্না মঙাল ওইবা, অপ্রমেয়ং—হায়কম খঙদ্রবা, ত্বাং পশ্যামি=ইবু ঙো নহাকপু উদুনা লৈজরি ॥ ১৭ ॥

**অপুনবা অর্থ** :—লুহুপ্পা থোল্লবা, গদা অমসুং চক্রবু পায়রিবা মায়কৈ পুম্নমক্তা ঙাল্লিবা মঙালগী মপেগী মশক ওইবা, মরম অসিনা যেং ঙমদ্রবা অদুগা মায়কৈ পুম্নমক্তা চাকখংলকপা মৈ অমসুং নুমিৎকী মতৌগুম্না মঙাল ওইবা মসিনি হায়বা অরেপ্পা খঙদ্রবা ইবু ঙো নহাকপু উজরি ॥ ১৭ ॥

নহাক্কী অসিগুম্বা যোগশক্তিসিবু উরগা অর্জ্জুন ঐনা খঞ্জরি—

ত্বমক্ষরং পরমং বেদিতব্যং
ত্বমস্যবিশ্বস্য পরং নিধানম্।
ত্বমব্যয় শাশ্বতধর্ম্মগোপ্তা
সনাতনস্ত্বং পুরুষো মতো মে ॥ ১৮ ॥

**অন্বয়** :— ত্বং বেদিতব্যং পরমং অক্ষরম ত্বং অস্য বিশ্বস্য পরং নিধানম ত্বং অব্যয়ং শাশ্বত ধর্ম্মগোপ্তা ত্বং সনাতন পুরুষ মে মত ॥

**অন্বয ব্যাখ্যা :—** ত্ব=ইবুংঙো নহাক, বেদিতব্য=বেদান্ত তম্বা তাব নচিংবা তৌহনা খঙগদবা পরম, অক্ষর=খ্বায়দগী অথোইবা লেঙদনা লৈবা ব্রহ্মনি ত্বং=ইবুংঙো নহাক, অস্য বিশ্বস্য=তাইবঙপানসিগী, পরং নিধানং=মকোক ওইবা তুংনফম্নি, ত্বং=ইবুংঙো নহাক, অব্যয়=অমাঙ অতা লৈতবনি, শাশ্বতধর্ম্মগোপ্তা=বেদনা তাকপা ওইবা ধর্ম্মগী ঙাকপিবনি ত্বং=ইবুংঙো নহাক সনাতন পুরুষ=সনাতন (মতম পুম্নমক্তা লেঙদনা লৈবা) পুরুষনি, মে মত=অস্মা অর্জুন ঐগী মতনি ॥ ১৮॥

**অপুনবা অর্থ °—** ইবুংঙো নহাক মোক্ষ পাম্বা মীনা খঙগদবা অথোইবা লেঙদনা লৈবা ব্রহ্মনি নহাক তাইবঙসিগী তুংনফম্নি নহাক অমাঙ অতা লৈতবনি, বেদগী নিত্য ওইবা ধর্ম্মগী ঙাকপিবনি, নহাক সনাতন পুরুষনি হায়বসি অর্জুন ঐগী মতনি ॥ ১৮॥

অনাদি মধ্যান্ত মনন্তবীর্য্য—
মনন্তবাহুং শশিসূর্য্যনেত্রম্।
পশ্যামি ত্বাং দ্বীপ্তহুতাশবক্ত্রং
স্বতেজসা বিশ্বমিদং তপন্তম্॥ ১৯॥

**অন্বয °—** অনাদিমধ্যান্তং অনন্তবীর্য্যং অনন্তবাহুং শশিসূর্য্যনেত্রং দীপ্তহুতাশবক্ত্রং স্বতেজসা ইদং বিশ্বং তপন্তং ত্বাং পশ্যামি।

**অন্বয় ব্যাখ্যা :—** অনাদিমধ্যান্তং=পোকপা পোক্লগা মরক্তা হিংহনা লৈবা অমসুং মাঙবা (শিবা) লৈতবা অনন্তবীর্য্য=ঙমখৈ লৈতনা তৌবা ঙম্বা অনন্তবাহুং=মশীং নাইদবা পাম্বোম লৈবা শশিসূর্য্যনেত্রং=থা অমসুং নুমিৎ অনীসিনা নহাকী নমীৎ ওইবা দীপ্তহুতাশবক্ত্রং=চাকথংলক্লবা মৈগী মতৌগুম্না লংলবা মায়না নংগী ওইবা স্বতেজসা=নশাগী মৈচাক্না ইদং বিশ্বং তপন্তং=তাইবঙ পুম্বসিবু মৈশা পীম্বিবা ত্বাং পশ্যামি ইবুংঙো নহাকপু উজরি ॥ ১৯॥

**অপুনবা অর্থ °—** পোকপা মরক্তা হিংহনা লৈবা অমসুং শিবা নাইদবা ঙমখৈ লৈতনা তৌবা ঙম্বা মশীং লৈতনা পাম্বোম লৈবা থা অমসুং নুমিৎ অনীসি নহাকী নমীৎ ওইবা, চাকথংলক্লবা মৈগী মতৌগুম্না লংলবা মায়না নহাকী ওইবা নশাগী মৈচাক্ন তাইবঙ পুম্নমকসিবু মৈশা পীম্বিবা ইবুংঙো নহাকপু উজরি ॥ ১৯॥

দ্যাবা পৃথিব্যোবিদমন্তবং হি
ব্যাপ্তং ত্বয়ৈকেন দিশশ্চ সর্ব্বাঃ।
দৃষ্ট্বাদ্ভুতং রূপমুগ্রং তবেদং
লোকত্রয়ং প্রব্যথিতং মহাত্মন্ ॥ ২০॥

**অপুনবা অর্থ** — ভীষ্ম নচিংবা মীওইশিংগী মশক ওইনা পোকপা বসু নচি বা লাইশিং অসি ইবুংঙো নঙোন্দা চঙশিল্লি কন কনাগুম্বশিংবা কিবনা । নোংমা স্তুতি তৌর ম খি অমসু সিদ্ধশিংগী কাংবুশিংনা লানদা ফত্তবা উৎ পত উবগা যাংকসনু অস্তুম্বা হায়রগা মতাক চাবনা স্তুতিশিংনা ইবুংঙো নংগী স্তুতি তৌরি ॥ ২১ ॥

রুদ্রাদিত্যা বসবো যে চ সাধ্যা
বিশ্বেঽশ্বিনৌ মরুতশ্চোষ্মপাশ্চ ।
গন্ধর্ব্বযক্ষাসুরসিদ্ধসঙ্ঘা
বীক্ষন্তে ত্বাং বিস্মিতাশ্চৈব সর্ব্বে ॥

**অন্বয়** — যে রুদ্রাদিত্যা বসব সাধ্যা চ বিশ্বে ( দেবা ) অশ্বিনৌ মরুত চ উষ্মপা চ গন্ধর্ব্বযক্ষাসুরসিদ্ধসঙ্ঘা চ সর্ব্বে এব বিস্মিত ত্বা বীক্ষন্তে ।

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — যে রুদ্রাদিত্যা — রুদ্র তরামাথোই আদিত্য — নুমি তরানিথোই মধ্যে যায় পুম্নমকসি বসব = মায়কৈ ভাকপা বসু নীপাল সাধ্যা চ — অমগা সাধ্য কৌবা লাইশিং বিশ্বে ( দেবা ) — বিশ্বেদেব কৌবা লাইশিং অশ্বিনৌ — অশ্বিনীকুমার কৌবা লাই মচিন মনাও মরুত চ = অমসুং মরুৎ কৌবা মুশিংকী লাই নীকুমাপন উষ্মপা — অশাবা চঙাক চাবা পিতৃ চ = অমগা, গন্ধর্ব্বযক্ষাসুরসিদ্ধসঙ্ঘা চ = হায়রা নচি বা গন্ধর্ব্ব কুবেরনাচংবা যক্ষ বিরোচন নচিংবা অসুর ( ঙি চাবা ) অমসুং সিদ্ধ কৌবা লাইশিংগী কাংবাশিং সর্ব্বে এব = পুম্নমকসিনা বিস্মিতা — ঙকহুনা ত্বা — ইবুংঙো নহাকপু বিক্ষন্তে = য়েংহুনা লৈরি ।

**অপুনবা অর্থ** — রুদ্র তরামাথোই আদিত্য তরা নথে ই বসু নীপাল সাধ্য কৌবা লাইশিং, বিশ্বেদেব কৌবা লাইশিং অশ্বিনীকুমার মচিন মনাও মরু কৌবা লাই ( নু । ৫ ) নীকুমাপন অশাবা চৌঙাক ভাকা চাবা অগ্নিষাত্তা নচি বা পিতৃশিং গন্ধর্ব্ব যক্ষ রাক্ষস অমসুং সিদ্ধশিংগী কাংবুশিং, পুম্নমকসিনা ঙকুনা ইবুংঙো নহাকপু য়েংহুনা লৈরি । ২২ ॥

লৈবাক মরোল অহুম্বক কিবনা থক থক নীকই হ য়বা, শুবা শ্লোকতা হায়খিবহৌ কৌন্তিক অস্তুম্বা লোইশিল্লি—

রূপং মহত্তে বহুবক্ত্রনেত্রং
মহাবাহো বহুবাহূরুপাদম্ ।
বহূদরং বহুদংষ্ট্রাকরালং
দৃষ্ট্বা লোকাঃ প্রব্যথিতাস্তথাহম্ ॥ ২৩ ॥

**অন্বয়ঃ**— মহাবাহো ! তে বহুবক্ত্রনেত্র, বহুবাহূরুপাদ, বহূদর বহুদংষ্ট্রাকরাল মহৎ রূপ দৃষ্ট্বা লোকা তথা অহং প্রব্যথিতা ।

অন্বয ব্যখ্যা ঃ— মহাবাহো—পাম্বোম চাউরবা হে ভগবন। তে—ইবুঙো নহাক্কী বহুবক্ত্রনেত্রং—মায় মীৎ য়াম্না লৈরবা বহুবাহূরুপাদং—পাম্বোম, ফৈবোম খোঙ য়াম্না পাল্লবা বহূদরং—পুক ময়াম লৈবা বহুদংষ্ট্রাকরালং—য়া ময়াম্না অকিবগী মশক ওইরবা মহৎ রূপং—য়াম্না চাউরবা মশক অসিবু, দৃষ্ট্বা=উবগা লোকা =থবায় পানবা জীব পুম্নমক তথা অহং অদুগা ঐস্মু প্রবথিতা —কিবনা থক থক নীক্লি ॥ ২৩।

অপূনবা অর্থ •— পাম্বোম চাউরবা হে ভগবন্! ইবুঙো নহাক্কী মায় মীৎ য়াম্না পাল্লবা পাম্বোম ফৈবোম খোঙ ময়াম পুক ময়াম অমস্তুং য়া ময়াম্না অকিবগী মশক ওইরবা, য়াম্না রাং চাউরবা মশকসিবু উবগা থবায় পানবা জীব পুম্নমক অদুগা ঐস্মু কিবনা থক-থক নীক্লনা লৈরি ॥ ২৩॥

অকিবা পোকপগী মরমবু তাক্লনা অর্জুননা অস্নুম্না হায়রি—

নভঃস্পৃশং দীপ্তমনেকবর্ণং
ব্যাত্তাননং দীপ্তবিশালনেত্রম্।
দৃষ্ট্বা হি ত্বাং প্রব্যথিতান্তরাত্মা
ধৃতিং ন বিন্দামি শমঞ্চ বিষ্ণো ॥ ২৪ ॥

অন্বয — বিষ্ণো! নভ স্পৃশং দীপ্তং অনেকবর্ণং ব্যাত্তাননং দীপ্তবিশাল নেত্রং হি ত্বাং দৃষ্ট্বা (অহং) প্রব্যথিতান্তরাত্মা ধৃতিং শমং চ ন বিন্দামি।

অনয ব্যাখ্যা — বিষ্ণো=শীন থুংনা লৈরবা হে ইবুঙো। নভ স্পৃশং=আকাশ পক্লা লৈরিবা দীপ্তং=য়াম্না লংলবা অনেকবর্ণং—মচু য়াম্নবা, ব্যাত্তাননং=য়া কাথোক্লনা লৈরবা (মায় শন্দোক্লনা লৈরবা), দীপ্তবিশাল নেত্রং—মীর লংলবা লাওরবা মীৎ পাল্লিবা, ত্বাং হি দৃষ্ট্বা—ইবুঙো নহাকমক্তবু উবগা, (অহং) প্রব্যথিতান্তরাত্মা=য়াম্না পুক্নীং থুকপা ওইরবা ঐনা, ধৃতিং—লৈতাবা, শমং চ অমস্তুং তপথবা, ন বিন্দামি—ফংদে॥ ২৪॥

অপূনবা অর্থ — শীন থুংনা লৈবা হে ইবুঙো! আকাশ পক্লা লৈরিবা, য়াম্না লংলবা মচু য়াম্না লৈরবা য়া কাথোক্লনা থম্নবা মীরং লংলবা লাওরবা মী মী পাল্লিবা ইবুঙো নহাকপু উবগা কিবনা পুক্নীং থুকপা ওইরবা ঐনা লৈতাবা অমস্তুং তপথবা ফংদে॥ ২৪॥

অর্জুননা লেতাবা অমস্তুং তপথবা ফংদবগী মরমবু অস্নুম্না তাক্লনা হায়রি—

দংষ্ট্রাকরালানি চ তে মুখানি
দৃষ্টৈব কালানলসন্নিভানি।
দিশো ন জানে ন লভে চ শর্ম
প্রসীদ দেবেশ জগন্নিবাস ॥ ২৫॥

অন্বয় ঃ— দংষ্ট্রাকরালানি কালানলসন্নিভানি চ তে মুখানি দৃষ্ট্বা এব দিশ ন জানে শর্ম চ ন লভে, দেবেশ ! জগন্নিবাশ ! প্রসীদ ।

অন্বয় ব্যাখ্যা — দংষ্ট্রাকরালানি—অকিবগী মশক ওইবা য়া মরাম লৈরিবা কালানলসন্নি ভানি চ=অমসু মহাপ্রলয়গী মতমদা হৌবা মৈগুন্নবা তে মুখানি—নহাক্কী মায়শিংবু দৃষ্ট্বা এব=উবমক্তদা, দিশ ন জানে=ঐনা মায়কৈ খঙদরে, শর্ম চ ন লভে=অমসুং তপ থবা নুংঙাইববুসু ফংদরে দেবেশ=লাইশিংগী মপু ওইবা হে ইবুংঙো। জগন্নিবাস=ভাইবঙ অসিগী তুংনফম ওইবা লৈবা হে ভগবন। প্রসীদ=নহাক্না পেন্নিংঙবা থৌজানবিয়ু ॥ ২৫ ॥

অপুনবা অর্থ — অকিবগী মশক ওইবা য়া মরাম লৈরিবা অমসুং মহাপ্রলয়গী মতমদা হৌবা মৈগী মতৌগুন্নবা ইবুংঙো নংগী মায়শিংবু উবমক্তদা ঐনা মায়কৈশিংবু খঙদ্রে অমসুং তপ থবা নুঙাইববুসু ফংদ্রে। লাইশিংগী মপু ওইবা হে ইবুংঙো! তাইবঙপানসিগী তুংনকম ওইনা লৈবা হে ভগবান। নহাক্না পেন্নিংঙবা থৌজানবিয়ু ॥ ২৫ ॥

শ্রীভগবান্না ৭শুবা শ্লোকতা অর্জুন নঙনা য়েংলীংবা পুন্নমক কৃষ্ণগী বিশ্বরূপ ওইবা হকচাংদা য়েংউ অমসুং ন না জয় ওইবা পাম্বা অহুবুসু য়েংউ হায়খিবগী মতুংইন্না হৌজিক অর্জুন্না মখোয়গী জয় অমসুং দুর্যোধনগী পরাজয়বু উহুনা শ্লোক মঙানা অসুম্না হায়রি—

অমী চ ত্বাং ধৃতরাষ্ট্রস্য পুত্রাঃ
সর্ব্বে সহৈবাবনিপালসঙ্ঘৈঃ ॥
ভীষ্মো দ্রোণ সুতপুত্রস্তথাসৌ
সহাস্মদীয়ৈরপি যোধমুখ্যৈ ॥ ২৬ ॥
বক্ত্রাণি তে ত্বরমাণা বিশন্তি
দংষ্ট্রাকরালাণি ভয়ানকানি।
কেচিদ্বিলগ্না দশনান্তরেষু
সংদৃশ্যন্তে চুর্ণিতৈরুত্তমাঙ্গৈ ॥ ২৭ ॥

অন্বয় — অবনিপালসঙ্ঘৈ সহ এব অমী ধৃতরাষ্ট্রস্য সর্ব্বে পুত্রা তথা ভীষ্ম দ্রোণ অসৌ সুতপুত্র চ অস্মদীয়ৈ যোধমুখ্যৈ অপি সহ ত্বরমাণা তে দংষ্ট্রাকরালানি ভয়ানকানি বক্ত্রানি বিশন্তি, কেচিৎ চুর্ণিতৈ উত্তমাঙ্গৈ দশনান্তরেষু বিলগ্না সংদৃশ্যন্তে।

অন্বয় ব্যাখ্যাঃ— অবনিপালসঙ্ঘৈ —লৈবাক চাকপা নিংথৌশিংগী কাংবুশিংগা, সহ এব— লোইননমক, অমী ধৃতরাষ্ট্রস্য সর্ব্বে পুত্রা —মাঙদা উরিবা, ধৃতরাষ্ট্রগী দুর্যোধন মচি বা মচা পুন্নমক, তথা=অদুগা ভীষ্ম দ্রোণ অসৌ সুতপুত্র চ=ভীষ্ম দ্রোণ অমসু সুতগী মচানুপা কর্ণহ, অস্মদীয়ৈ —ঐখোয়গী মায়কৈদা লৈবা, যোধমুখ্যৈ অপি সহ—লানদা অখোইবা ওইনা লুচিংবশিংগা লোয়ননা, ত্বরমাণা =য়াম্না থুনা তোঙহনা, ( অতংপা লৈতনা ), তে—ইবুংঙো নহাক্কী

দংষ্ট্রাকরালানি—য়াম্না তমথিরবা য়া পানবা ভয়ানকানি—অমসুং অকিবগী মশক ওইরবা, বক্ত্রানি =চীনশিংগী মনু দা ( য়ান্নুংদা ) বিশন্তি=চঙশিল্লি মহুদা –কেচিৎ=কনা কনাগুম্বদি চূর্ণিতৈ উত্তমাঙ্গৈ —তোইরবা মকোকশি গা লোয়নবা দশনান্তরেষু=যা শিংগী মরক মরক্তা বিলগ্না—পনহুনা লৈববু, সংদৃশ্যন্তে=তশে, তশেংনা উরি । ২৬-২৭ ॥

**অপূনবা অর্থ** °— লৈবাক ঙাকপা নিংথৌশিংগী কাঙবুশিংগা লোয়ননা ধৃতরাষ্ট্রগী দুর্যোধন নচিংবা মচা পুম্নমক অহুগা ভীষ্ম দ্রোণ অমসুং সূতগী মচা কর্ণ অহুগা ঐখোয়গী মায়কৈদা লৈবা লানদা লুচিংবশিংগা লোয়নবা য়াম্না থুনা থুনা ইবুংঙো নহাক্কী য়াম্না তমথীরবা য়া অমসুং অকিবগী মশক ওইরবা চীনশিং অহুগী মনুংদা ( য়ান্নুংদা ) চঙশিল্লি মহুদা কনা কনাগুম্বদি তোইরবা কোকশিংগা লোয়নবা য়ারকশিংদা পনহুনা লৈবা তশে তশেংনা উরি । ২৬-২৭ ॥

মথক্কী শ্লোক অনীদা হায়রিবসিবু খুদম অনীনা তাক্কুনা মথাগী শ্লোক অনীনা হায়রি—

যথা নদীনাং বহবোঽম্বুবেগা
সমুদ্রমেবাভিমুখা দ্রবন্তি।
তথা তবামী নরলোকবীরা
বিশন্তি বক্ত্রাণ্যভিবিজ্বলন্তি ॥ ২৮ ।

**অন্বয়** — যথা নদীনা বহব অম্বুবেগা সমুদ্রং এব অভিমুখা দ্রবন্তি তথা অমী নরলোবীরা তব অভিবিজ্বলন্তি বক্ত্রানি বিশন্তি।

**অন্বয় ব্যাখ্যা** °— যথা=অম্মুম্না নদীনাং—তুরেনশিংগী বহব অম্বুবেগা =য়াম্নবা ঈশিংগী ঈচেনশিং সমুদ্রং এব অভিমুখা সমুদ্রগী মাযকৈতমক তমহুনা দ্রবন্তি—চেনশিল্লী তথা=মতে অহুম্না, অমী নরলোকবীরা –ভীষ্ম দ্রোণ নচিংবা পৃথিবী লোকক্কী কল্লবা মীশিংসিনা তব = ইবুংঙো নহাক্কী অভিবিজ্বলন্তি=মায়কৈ পুম্নমক্তা চাক্কুনা য়াম্না লংনা লৈরিবা বক্ত্রানি বিশন্তি —চীনশিং অহুদা চঙশিল্লি ॥২৮॥

**অপুনবা অর্থ** — অম্মুম্না তুরেনশিংগী য়াম্নবা ঈশিংগী কল্লবা ঈচেলশিং সমুদ্রগী মায়কৈতমন তম্না চেনশিল্লী, মতৌ অহুম্না ভীষ্ম দ্রোণ নচিংবা পৃথিবী লোকক্কী কল্লবা মীশিংনা ইবুংঙো নহাক্কী মায়কৈ পুম্নমক্তা চাক্কুনা য়াম্না লংনা ( ঙানবা ) লৈরিবা চিনশিং ( য়ান্নুংশিং ) অহুদ চঙশিল্লি ॥ ২৮ ॥

যথা প্রদীপ্তং জ্বলনং পতঙ্গা
বিশন্তি নাশায় সমৃদ্ধবেগাঃ।
তথৈব নাশায় বিশন্তি লোকা
স্তবাপি বক্ত্রাণি সমৃদ্ধবেগাঃ ॥ ২৯ ॥

অন্বয ঃ— যথা সমৃদ্ধবেগা পতঙ্গা নাশায় প্রদীপ্তং জ্বলনং বিশন্তি, তথা এব সমৃদ্ধবেগা লোকা নাশায় তব বক্ত্রাণি অপি বিশন্তি।

অন্বয ব্যাখ্যা — যথা—অদুম্না, সমৃদ্ধবেগা —কম পাইশিল্লিবা, পতঙ্গা =মৈরাম্বীশিংনা, নাশায়=মশা মশাগী মাঙনবগীদমক প্রদীপ্তং—মীংথিনা চাকথংলক্লিবা, জ্বলনং—মৈদু দা বিশন্তি=পাইশিল্লী, তথা এব=মতৌ অদুম্নমক, সমৃদ্ধবেগা =য়াম্না কন্না চেন্দুনা লোকা — দুর্যোধন মচিংবা মী পূম্নমক, নাশায়=মশা মশাগী শি নবগীদমক, তব=ইবুংঙো নহাক্কী বক্ত্রানি অপি=চীনশিং (য়াম্নু শি ) অদুদা বিশন্তি=চংশিল্লী ॥ ২৯ ॥

অপুনবা অর্থ — অদুম্না কম পাইশিল্লিবা মৈরাম্বীশিংনা মশা মশাগী মাং নবগীদমক মীংথিনা চাকথংলিবা মৈ মনুংদা পাইশিল্লী মতৌ অদুম্নমক (মৈরাম্বীগী মতৌগুম্না) দুর্যোধন মচিংবা মী পূম্নমক য়াম্না কন্না চেনশিন্দুনা মশা মশাগী শিনবগীদমক ইবুংঙো নংগী চীনশিং (য়াম্নুংশিং) অদুদা চংশিল্লী ২৯ ॥

লাল তৌনীংবা নিংথোশিংনা ভগবানগী মচীন্দ করম্না চংবগে হায়বদু তাক্লগা ভৌতিক ভগবান কনি তৌই অমসুং ভগবান্গী মচীন্দগী হোগংপা মৈগী মৈশানা করি তৌই হায়বাসবু অর্জুনা অদুম্না তাক্লি—

লেলিহ্যসে গ্রসমান সমন্তা—

ল্লোকান্ সমগ্রান্বদনৈর্জ্বলদ্ভিঃ।

তেজোভিরাপূর্য্য জগৎসমগ্রং

ভাসস্তবোগ্রা প্রতপন্তি বিষ্ণো। ৩০।

অন্বয — সমন্তাৎ জ্বলদ্ভি বদনৈ গ্রসমান (ত্বং) সমগ্রাম লোকান লেলিহ্যসে বিষ্ণো! তব উগ্রা ভাস তেজোভি সমগ্র জগৎ অপূর্য্য প্রতপন্তি।

অন্বয ব্যাখ্যা — সমন্তাৎ মায়কৈ পূম্নমক জ্বলদ্ভি বদনৈ —চাকথ লক্লবা চীনশিং অদুনা গ্রসমান (ত্বং)=লাল তৌনীংবা দুর্যোধন মচিংবা পুম্নমকপু য়োংশিল্লিবা ইবু ঙো নহাক্না সমগ্রান লাকান —পৃথিবী মচিংবা লোক পূম্নমক অসিবু লেলিহ্যসে —হম্না হম্না লেক্তুনা লৈরি। বিষ্ণো= মক্কম পূম্নমক শীন থূ না লৈবা হে ইবুংঙো! তব=নহাক্কী উগ্রা ভাস =কল্লবা মঙালশিংনা তেজোভি—মথোয়গী মশেক মঙালশিংনা মরম ওইদুনা স গ্রং জগং —তাইবংপান পুম্নমকসিবু প্রতপন্তি=চাকথেক্লি ॥ ৩০ ॥

অপুনবা অর্থ ঃ— মায়কৈ পূম্নমক্তা চাকথংলক্লবা চীনশিং অদুনা লাল তৌনীংবা দুর্যোধন মচিংবা পুম্নমকপু য়োংশিল্লগা ইবু ঙো নহাক্না পৃথিবী মচিংবা লোক পূম্নমক অসিবু হম্না হম্না লক্তুনা লৈরি। হে বিষ্ণো! ইবু ঙো নহাক্কী কল্লবা মঙালশিংনা মথোয়গী মশেকশিংনা মরম ওইদুনা তাইবংপান পুম্নমকসিবু চাকথেক্লি। ৩।

ভগবানগী অসিগুম্বা অকিবগী মশক ওইবা মওঙ অহ্ন করিবো হায়বসি খঙনীংদুনা অর্জুননা অম্মুদা হংলি—

আখ্যাহি মে কো ভবানুগ্ররূপো
নমোস্তুতে দেব ব প্রসীদ ।
বিজ্ঞাতুমিচ্ছামি ভবন্তমাদ্যং
ন হি প্রজানামি তব প্রবৃত্তিম্ ॥ ৩১ ॥

অন্বয় ঃ— উগ্ররূপ ভবান ক মে আখ্যাহি দেববর ! তে নম অস্তু প্রসীদ। আদ্যং ভবন্তং বিজ্ঞাতুং ইচ্ছামি হি তব প্রবৃত্তিং ন প্রজানামি।

অন্বয় ব্যাখ্যা —উগ্ররূপ—অকিবগী মশক লৌরিবা ( ওইরিবা ) ভবান—ইবুঙো মহাক ক—কনানো হায়বহ্ন মে আখ্যাহি—ঐখোন্দা তশেং তশেংনা তাকপিয়ু। দেববর—দেবতাশিংগী মরুদা খ্বায়দগী অথোইবা হে ইবুঙো। তে=নহাকীদমক নম অস্তু—ঐহাক্না খুরুমজরি প্রসীদ=পেন্নিদুনা ( নুংশিবীদুনা ) থৌজালবীয়ু। আদ্যং—জগৎপু চাথোক্তে হায়দুনা চঙশিল্লিবা মরূপা জগৎকী খ্বায়দগী অহানবা পোকপা ভবন্তং=ইবুংঙো নহাকপু বিজ্ঞাতুং ইচ্ছামি—নীংথিনা খঙবা পামই, হি— মসিগী মরমদি তব=ইবুংঙো নহাকী, প্রবৃত্তিং ন প্রজানামি—থৌরাং অসিবু ঐনা নীংথিনা খঙবা ঙমদরে ॥ ৩১ ॥

অপুনবা অর্থ ঃ— অকিবগী মশক ওইরিবা ইবুঙো নহাক কনানো হায়বহ্ন ঐখোন্দা হায়বিয়ু। লাইশিংগী মরুংদা অথোইবা হে ইবুঙো। নহাকপু খুরুমজরি পেন্নীদুনা থৌজালবীয়ু। তাইবঙপানসিবু চাকথেক্তে হায়দুনা চঙশিল্লিবা ইবুঙো নহাকপু খঙবা পামই মরমদি নহাকী থৌরাং অসিবু ঐনা খঙবা ঙমদরে ॥ ৩১ ॥

অর্জুনগী হায়শিংসিগী পাউখুম শ্রীভগবান্না শ্লোক অহুমদা অম্মুদা পীবা ফৌই—

শ্রীভগবানুবাচ
কালোঽস্মি লোকক্ষয়কৃৎ প্রবৃদ্ধো
লোকান্ সমাহর্ত্তুমিহ প্রবৃত্ত ।
ঋতেঽপি ত্বাং ন ভবিষ্যন্তি সর্ব্বে
যেঽবস্থিতা প্রত্যনীকেষু যোধাঃ ॥ ৩২ ॥

অন্বয় ঃ— শ্রীভগবান্ উবাচ— ( অহম্ ) লোকক্ষয়কৃৎ প্রবৃদ্ধ কাল অস্মি। লোকান সমাহর্ত্তুং ইহ প্রবৃত্ত। প্রত্যনীকেষু যে যোধা অবিস্থতা ( তে ) সর্ব্বে ত্বাং ঋতে অপি ন ভবিষ্যন্তি।

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— শ্রীভগবান উবাচ=শ্রীভগবান্না হায়রিবি ( অহং ) লোকক্ষয়কৃৎ—ঐ লোক পুম্নমকপু মাঙহনবা শাল্লিবা, প্রবৃদ্ধ—য়াম্না ভমথিরবা কাল, অস্মি=কাল কৌবা লাইনি,

লোকান্—লোক পুম্নমকপু ( দুর্যোধন নচিংবা ফত্তবা মী পুমমকপু ) সমাহর্ত্তুং—মাঙহনগে হায়বগী দমক, ইহ=মতম অসিদা, প্রবৃত্ত —থোরাং তৌহনা চঙশিল্লিবনি। প্রত্যনীকেষু=যেক্নবশিংগী মীচঙদা যে যোধা অবস্থিতা =লাল য়াম্না হৈবশিং লৈরিবা ( তে ) সর্ব্বে=মখোয় পুম্নমকসি, ত্বাং ঋতে অপি=নহাক নত্রবস্থু ( নহাক্না লাল তৌদ্রবস্থু ), ন ভবিষ্যন্তি—লৈররোইদবনি ॥ ৩২ ॥

**অপুনবা অর্থ :—** শ্রীভগবান্না হায়বিখি— ঐ লোক পুম্নমক মাঙহনবা শীল্লিবা (তৌরিবা) য়াম্না তমথীরবা কাল কৌবা লাই অহনি লোক পুম্নমকপু মাঙহনগে হায়বগীদমক মতম অসিদা থোরাং তৌহনা চঙশিল্লিবনি। যেক্নবগী মীচঙগী লাল য়াম্না হৈবশিং লৈরিবা পুম্নমকসি নহাক্না লাল তৌদ্রবস্থু লৈররোইদবনি ॥ ৩ ॥

অর্জ্জুন নঙনা লাল তৌদ্রবস্থু মখোয় পুম্নমক অসিদি শোযদনা শিরগদবা ঙাক্তনি। মরম অসিনা নহাক্না ক্ষত্রিয় ধর্ম্ম ঙাক্তনা লৈগদবনি হায়বসি ভগবান্না হায়রি—

তস্মাত্ত্বমুত্তিষ্ঠ যশো লভস্ব  
জিত্বা শত্রূন ভুঙ্‌ক্ষ্ব রাজ্যং সমৃদ্ধম্।  
ময়ৈবৈতে নিহতাঃ পূর্ব্বমেব  
নিমিত্তমাত্রং ভব সব্যসাচিন্ ॥ ৩৩॥

**অন্বয় :—** তস্মাৎ ত্ব উত্তিষ্ঠ যশ লভস্ব শত্রূন জিত্বা সমৃদ্ধং রাজ্যং ভুঙ্‌ক্ষ্ব সব্যসাচিন ! ময়া এব এতে পূর্ব্বং এব নিহতা ( ত্বং ) নিমিত্তমাত্রং ভব।

**অন্বয় ব্যাখ্যা —** তস্মাৎ=মরম অসিদগী {নহাক্না লাল তৌদ্রবস্থু মখোয়শিংসি ঙম্না (লোইনমক) শিগদবা মরমদগী} ত্বং উত্তিষ্ঠ=নহাক হৌগংলো ( লালগীদমক শেম শারো ), যশ লভস্ব =লাল ঙমহনা মিংচং ফংজরো শত্রূন জিত্বা যেক্নবশিংবু জয় তৌরগা, সমৃদ্ধং রাজ্যং=চাওখংলবা লৈবাক্কী নুংঙাইববু ভুঙ্‌ক্ষ্ব—চাহনা ( ফংহনা ) লৈযু সব্যসাচিন=ওয়থংবা খুৎনস্থু তেল কাপ্পা ঙম্বা হে অর্জ্জুন। ময়া এব=কৃষ্ণ ঐমক, এতে=মখোয়শিং অসিবু, পূর্ব্বং এব=হান্ননা নিহত =হাত্তোকখ্রবনি, ( ত্বং ) নিমিত্তমাত্রং ভব—নহাক মখোয়বু হাৎপদা মমিংদা ওইবা মরম ওইযু। ৩৩।

**অপুনবা অর্থ :—** মরম অসিদগী নহাক লালগীদমক শেম শারো, মিংচং ফংজরো, যেক্নবশিংবু জয় তৌরগা চাওখংলবা লৈবাক্কী নুংঙাইববু ফংলো। ওয়থংবা খুৎনস্থু তেল কাপ্পা ঙম্বা হে অর্জ্জুন! ঐমক্না মখোযশিং অসিবু হান্ননা হাৎখ্রবা ঙাক্তনি নহাক মখোয়বু হাৎপদা মমিংদা ওইবা মরম ওইযু ॥ ৩৩ ।

ভীষ্ম, দ্রোণ নচিংবা পুম্নমকসিবু অর্জ্জুন ঐনা করম্না জয় তৌবা ঙমগদগে হায়না চিংনরবদা মখোয় পুম্নমক কৃষ্ণ ঐনা হান্না হাত্তোকখ্রবনি মরম অসিনা অর্জ্জুন নহাক চিংনবা লৈতনা লালগীদমক, শেম শারো হায়না শ্রীভগবান্না অর্জ্জুনগী মফমদা হায়রি—

দ্রোণঞ্চ ভীষ্মঞ্চ জয়দ্রথঞ্চ
কর্ণং তথান্যানপি যোধবীরান্।
ময়া হতাং স্ত্বং জহি মা ব্যথিষ্ঠা
যুধ্যস্ব জেতাসি রণে সপত্নান্॥ ৩৪॥

অন্বয় — ত্বং ময়া হতান দ্রোণং চ ভীষ্মং চ জয়দ্রথং চ কর্ণং তথা অন্যান অপি যোধবীরান জহি, মা ব্যথিষ্ঠা যুধ্যস্ব রণে সপত্নান জেতা অসি।

অন্বয় ব্যাখ্যা — ত্বং = অর্জ্জুন নহাক্না ময়া হতান = কৃষ্ণ ঐনা হাংথ্রবা দ্রোণং চ = দ্রোণাচার্য্যবু, ভীষ্ম চ — ভীষ্ম পিতামহবু, জয়দ্রথং = জয়দ্রথবু চ — অমসু, কর্ণং — কর্ণবু, তথা = অদুগা অন্যান্ = অতোপ অতোপ্পা, যোধবীরান অপি = লালদা য়াম্না থৌনাফবা লাল হৈবশিংবুসু জহি — হাংলু মা ব্যথিষ্ঠা = পুক্নী লাওতক্নবা তৌগনু যুধ্যস্ব = লাল তৌ রণে = লালদা সপত্নান — য়েক্লবশিংবু জেতা অসি = নহাক্না জয় তৌবা ওইগনি ॥ ৩৪ ॥

অপুনবা অর্থ ঃ— অর্জ্জুন নহাক্না কৃষ্ণ ঐনা হাংথ্রবা দ্রোণ ভীষ্ম জয়দ্রথ অমসুং কর্ণবু অদুগা অতোপ অতোপ্পা লালদা য়াম্না থৌনা ফবা লাম্নীশিংবুসু হাংলু নপুক্নী লাওতক্নবা তৌগনু লাল তৌ লালদা য়েক্লবশিংবু নহাক্না জয় তৌবা ওইগনি ॥ ৩৪ ॥

শ্রীভগবান্না অসুম্না হায়রবদা অর্জ্জুন্না করি তৌখিবগে হায়বদু সঞ্জয়না ধৃতরাষ্ট্রগী মফমদা অসুম্না তাকই—

সঞ্জয় উবাচ
এতচ্ছ্রুত্বা বচনং কেশবস্য
কৃতাঞ্জলির্বেপমানঃ কিরীটী।
নমস্কৃত্বা ভূয় এবাহ কৃষ্ণং
সগদ্গদং ভীত ভীত প্রণম্য॥ ৩৫॥

অন্বয় ঃ— সঞ্জয় উবাচ কেশবস্য এতৎ বচনং শ্রুত্বা বেপমান কিরীটি কৃতাঞ্জলি কৃষ্ণং নমস্কৃত্বা ভীতভীত ভূয় এব প্রণম্য সগদ গদং আহ।

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— সঞ্জয় উবাচ — সঞ্জয়না ধৃতরাষ্ট্রগী মফমদা হায়খি কেশবস্য — ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী এতৎ বচনং — ৱাসিবু শ্রুত্বা তারগা, বেপমান = কিবনা মশা নীক্না নীক্না, কিরীটি = অর্জ্জুন্না, কৃতাঞ্জলি — মখুৎ অনী লোম্নদুনা, কৃষ্ণং নমস্কৃত্বা = শ্রীকৃষ্ণবু খুরুম্নগা ভীতভীত — কিনা কিনা ভূয় এব — অমুকসু হন্না, প্রাম্য খুরুমজরগা, সগদ গদং অহ — হীক্না হীক্না হায়রে ( হীক্না হীক্না থোকপা খোন্থোক্না হায়রে ) ॥ ৩৫ ॥

**অপুনবা অর্থ** — সঞ্জয়না ধৃতরাষ্ট্রগী মফমদা হায়খি— ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী ৱাসিবু তারগা কিবনা মশা মীক্লবা অর্জুনা মথূৎ লোন্নহুনা শ্রীকৃষ্ণবু খুরুম্নগা অমসুং অমুকসু হন্না কিনা কিনা খুরুম্নগা হীক্লা হীক্লা ( হীক হীক লাউবা খোজেনা ) অসুম্না হায়জে ॥ ৩৫ ॥

মথাদা অর্জুনা শ্লোক ১১ না অসুম্না হায়জরি—

অর্জ্জুন উবাচ
স্থানে হৃষীকেশ তব প্রকীর্ত্ত্যা
জগৎ প্রহৃষ্যত্যনুরজ্যতে চ।
রক্ষাংসি ভীতানি দিশোদ্রবন্তি
সর্ব্বে নমস্যন্তি চ সিদ্ধসঙ্ঘাঃ ॥ ৩৬ ॥

**অন্বয়** অর্জ্জুন উবাচ—হৃষীকেশ তব প্রকীর্ত্ত্যা ( যৎ ) জগ প্রহৃষ্যতি অনুরজতে চ ( তৎ ) স্থানে রক্ষা সি ভীতানি দিশ দ্রবন্তি ( ত স্থানে ) সর্ব্বে সিদ্ধসঙ্ঘা চ নমস্যন্তি ( তৎ অপি স্থানে )।

**অন্বয় ব্যাখ্যা** :— অর্জ্জুন উবাচ=অর্জুনা হায়জখি— হৃষীকেশ=ইন্দ্রিয়শিংগী মপু ওইদুনা লৈরিবা হে ভগবন। তব প্রকীর্ত্ত্যা—ইবুংঙো নংগী অথোইবা মিংচৎনা ( নগুণনা ) মরম ওইদুনা মহু শকচ শোঞ্জরগা, ( যং ) জগৎ প্রহৃষ্যতি—ফত্তবা মী নত্তবা জগৎকী চেতন ওইবা জীব পুম্বনা নুংঙাইবা ফংই অনুরজ্যতে চ—অমসুং মহুদা পুক্নীং চঙই ( তৎ ) স্থানে=অসুম্না হায়বসি মতীক চাবনক্নি রক্ষাংসি=হিংচাবশিংনা, ভীতানি=কিদুনা দিশ দ্রবন্তি—মায়কৈ পুম্নমক্তা চেল্লি, ( তৎ স্থানে—মহুসু মতীক চাবনি ) সর্ব্বে সিদ্ধসঙ্ঘা চ=অমসুং কপিল নচিংবা সিদ্ধ ওইবা কাংবুনা, নমস্যন্তি=খুরুমজহুনা লৈ ( তদ অপি স্থানে—মহুসু মতীক চাবনি )। ৩৬॥

**অপুনবা অর্থ** — অর্জুনা হায়জখি—ইন্দ্রিয়শিংগী মপু ওইদুন লৈবা হে ভগবন! ইবুংঙো নহাকী অথোইবা মিংচৎনা মরম ওইদুনা মহু শকচ শোঞ্জরগা জগৎনা নুংঙাইবা ফংই অমসুং মহুদা পুক্নীং চঙই হায়বসি মতীক চাবনি, অদুগা হিংচাবশিংনা কিদুনা মায়কৈ পুম্নমক্তা চেল্লি হায়বসিসু মতীক চাবনি অমসুং কপিল-নচিংবা সিদ্ধশিংনা খুরুমজহুনা লৈবা অদুসু মতীক চাবমক্নি । ৩৬।

শ্রীভগবান ভক্তশিংগী নুংঙাইবা হরাউবনচিংবগী মফম ওই হায়বসিদা মরম তাক্লুনা অসুম্না হায়রি—

কস্মাচ্চ তে ন নমেরন্মহাত্মন্
গরীয়সে ব্রহ্মণোঽপ্যাদিকর্ত্রে।
অনন্ত দেবেশ জগন্নিবাস
ত্বমক্ষরং সদসত্তৎ পরং যৎ ॥ ৩৭ ॥

**অন্বয় ঃ—** হে মহাত্মন। অনন্ত। দেবেশ। জগন্নিবাস। ব্রহ্মণে অপি গরিয়সে আদিকর্ত্রে তে কস্মাৎ চ ন নমেরন? ত্বং অক্ষরং সৎ অসৎ যৎ পরং তৎ ত্বম।

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — মহাত্মন=হে পুকচেল চাউরবা। অনন্ত=হে ওমথৈ লৈতবা। দেবেশ=হে লাইশিংগী মপু ওইরিবা। জগন্নিবাস=তাইবঙপানসিগী চঙজফম ওইনা লৈরিবা হে ভগবন। ব্রহ্মণ অপি=মচীন (সমায) মরি পানবা ব্রহ্মাদগীসু গরিয়সে=থোইদোক হেন্দোকপা আদিকর্ত্রে=ব্রহ্মাদুগীসু শেম্বিবা ওইনা মপা ওইরিবা তে=ইবুংঙো নহাক্তীদমক কস্মাৎ চ ন নমেরন—কপিল নচিংবা সিদ্ধ শংনা করিগী খুরুম্নোই? (শোযদনা খুরমফম থোকই) ত্বং অক্ষরং=ইবুংঙো নহাক অমাঙ অতা লৈতবা ব্রহ্মনি সৎ ফোঙদোক্লবা লৈরিবা পোৎ পুম্নমকসিসু নমি, অসৎ=ফোঙদোকপা তৌদনা থুপ্না লৈরিবা পোৎশিংসু নমি যৎ পরং=অফোং ফোংদা অনীসিদগী অতোপ্পা (পরব্রহ্ম) তৎ ত্বম=মসিসু ইবুংঙো নহাক্নি। ৩৭॥

**অপুনবা অর্থ** — হে পুকচেল চাউরবা! হে ওমথৈ লৈতবা হে লাইশিংগী মপু ওইরিবা! হে তাইবঙসিগী চঙজফম ওইনা লৈরিবা। ব্রহ্মাদগীসু থোইদোক হেন্দোকপা ওইনা মাগীসু শেম্বীবা ওইনা মপা ওইরিবা ইবুংঙো নহাক্তীদমক সিদ্ধশিংনা করিগী খুরুম্নোইদগে? ইবুংঙো নহাক্নি অমাঙ অতা লৈতবনি ফোঙদোক্লবা লৈরবা পোৎ পুম্নমকসিসু নঙনি অদুগা ফোঙদোকপা তৌদনা থুপ্না লৈবা পোৎশিংসু নংনি অনী অসিদগী অতোপ্পা পরমব্রহ্মদুসু নঙনি। ৩৭।

### অথুপ্পা বা

শ্লোক অসিদা অর্জুন্না কৌজরিবা বাহৈশিং অদুগা অতোপ্পা বহৈশিংনা শ্রীভগবান কৃষ্ণবু সাক্ষাৎ পরমব্রহ্মনি হায়বসি তাক্লি। ফোঙদোক্লবা লৈবা অদুগা ফোঙদোক্লবা লৈবা তাইবঙপান পুম্নমক অনীগুবা লৈতবা পরমব্রহ্মদা চঙজনা লৈবা ঙাক্লনি মঙোন্দগী অতোপ্পা অমত্তা নত্তে সুপ্না মাগী শক্তি ওইবী মায়ানা মরম ওইদুনা মঙোন্দা অনীগুবা ওইনা উবদনি। মরম অসিনা শ্রুতিনা অসুম্না হায়রি—"সর্ব্বং খল্বিদং ব্রহ্ম তজ্জলানিতি শান্ত উপাসিত" (ছা উ ৩।১৪।১) ="অচৎ চত্তা লেঙলি পাল্লিবা জগৎ পুম্নমক স ব্রহ্মনি মরমদি পুম্নমক অসি মঙোন্দগী পোক্লকপনি মাঙবা মতমদা মঙোন্দা লোইনমক তিনখিগদবনি অদুগা মতম অসিদসু মাদা মরম ওইদুনা হিংদুনা লৈরিবনি। মরম অসিনা ব্রহ্মদগী অতোপ্পা অ। লৈতে লেপ্তুনা করিগুম্বা পোৎ অমদা মিংঙৌবা তৌদনা তপ্না উপাসনা তৌদুনা লৈগদবনি।" অদুগা কৌদনা হায়রিবশিংসিবুসু শ্রুতিশিংনা অসুম্না হায়রি— "হিরণ্যগর্ভং জনয়ামাস পূর্ব্বম্" (শ্বেত উ ৩।৩) "সৃষ্টিগী অহানবদা হিরণ্যগর্ভ ব্রহ্মাবু পোকহনি।" "অনন্তশ্চাত্মা বিশ্বরূপ" (মা প উ ৯।৮)—"ওমথৈ লৈতবা আত্মানি অমসু পুম্নমকসি মাগী মশক্নি।" "দেবমীশম্" (শ্বেত উ ৪।১৩) "মহাক লাইশিংগী মপুনি" "যস্মিন্ লোকা অধিশ্রিতাঃ" (শ্বেত উ ৪।১) — পরমগুরুদা অদা লোক পুম্নমকসি চঙজদুনা লৈরিবনি।" "অক্ষরং পরমং ব্রহ্ম" (শ্বেত উ ৩।১৬) "পরমব্রহ্ম অমাঙ অতা লৈতবনি।"

"ত্বমেব সদসদাত্মক" ( ত্রি ম উ ১। ১ ) – "অফো, ফো,দ পূম্নমকসি নহাকমক্নি।" মরম অসিনা পূম্নমকসিবু লৌহৌনা অর্জুনা ইবু,ঙো মঙোন্দা প্রার্থনা তৌরিবনি। ৩৭।

অর্জুনগী পুক্নী,দা ভক্তি পোক্লকপা মরমদগী অমুক হন্না অস্নুম্না প্রার্থনা তৌজরি

ত্বমাদিদেব পুরুষ পুরাণ -

স্ত্বমস্য বিশ্বস্য পরং নিধানম্।

বেত্তাসি বেদ্যং চ পরং চ ধাম

ত্বয়া ততং বিশ্বমনন্তরূপ ॥ ৩৮ ॥

অন্বয — ত্বং আদিদেব পুরাণ পুরুষ ত্বং অস্য বিশ্বস্য পরং নিধানম বেত্তা অসি বেদ্যং চ পরং চ ধাম, অনন্তরূপ। ত্বয়া বিশ্বং ততম ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা – ত্বং – ইবু,ঙো নহাক, আদিদেব = জগৎপু শেম্বগী মরম ওইবনা খ্বায়দগী অহানবা লাইনি পুরাণ = মতম পূম্নমক্ত নৌহনতা লৈবা তেক্ত কায়দবা পুরুষ – থরায় পানব শিংগী থম্মোয়দা লৈবা আত্মানি ত্বং ইবু,ঙো নহাক, অস্য বিশ্বস্য – জগৎ পূম্নমকসিগী মাঙবা মতমদা, পরং নিধান – খ্বায়দগী অথোইবা হৃজিনফম্নি বেত্তা অসি = পূম্নমক্কী অখঙবম্ নঙনি, বেদ্যং চ = অদুগা খঙগদবা পূম্নমকস্ নংনি, পরং চ – অমস্ং খ্বায়দগী অথোইবা, ধাম = বিষ্ণুগী পদস্ নংনি, অনন্তরূপ = ঙমখৈ লৈতবা শীনথুংনা লৈবা হে ইবু,ঙো। ত্বয়া = নহাক্না বিশ্বং ততং = তাইবঙপান শীনথুংনা লৈরিবনি ॥ ৩৮ ॥

অপুনবা অর্থ — ইবু ঙো নহাক তাইবঙবু শেম্বগী মরম ওইহনা খ্বায়দগী অহানবা লাইনি, মতম পূম্নমক্কা নৌহনতা লৈহনা তেক্ত-কায়দনা থরায পানবশিংগী থম্মোয়দা লৈবা আত্মানি ইবু,ঙো নহাক জগৎ পূম্নসিগী মাঙবা মতমদা অথোইবা হৃজিনফম্নি পূম্নমক্কী অখঙবম্ নংনি অদুগা খঙগদবা পূম্নমকস্ নংনি খ্বায়দগী অথোইবা বিষ্ণুগী পদস্ নংনি, ঙমখৈ লৈতনা শীনথুংনা লৈবা হে ইবু,ঙো। নহাক্না জগৎ পূম্নমকসি শীনথুংনা লৈরিবনি ॥ ৩৮ ॥

অথুপ্পা বা

(১) "আদিদেব" "তাইবঙবু শেম্বগী মরম ওইহনা অহানবা লাইনি" হায়বসিনা সৃষ্টিবু শেম্বিবা মপু, (২) "পুরাণ. পুরুষ.' মতম পূম্নমক্কা নৌহনতা লৈহনা তেক্ত কায়দনা থরায় পানবশিংগী থম্মোয়দা লৈবা আত্মানি" হায়বসিনা শেম্বিবা সংসারবু ঙাকপি শেনবিহনা থম্না মপু (৩) 'বিশ্বস্য পরং নিধানম্' "তাইবঙপানগী মাঙবা মতমদা খ্বায়দগী অথোইবা হৃজিনফম্নি" হায়বা অসিনা শ্রীভগবানদু তাইবঙসি শানবা মচাক ওহনা তাকপা মরম্না জগৎ অসিগী শংবিবা মপু অদুগা শানবা মচাক অমীমকাস শ্রীভাবান্নি হায়বা।সদ্ধ ওই। মতৌ অদুম্না অখঙবনু ( বেত্তা ) ইবু,ঙো

মহাক্তি শক্তগদবা পোংলম্ ( বেদ্য ) ইবুংঙো মহাক্তি হায়বা অসিনা ইবুংঙো মঙোন্দগী অতোপ্পা করিগুম্বা পোং অমত্তা লৈতে হায়বসি সিদ্ধ ওই। তাইবঙপানবু খেন্নবা উৎপিনলিদি লুপ্পা ইবুংঙো মহাকী শক্তিগী মশক ওইবা মায়াবা মরম ওইদুনা তৌবনি। মরম অসিনা বিষ্ণুপুরাণদা হায়রি—

জ্ঞানস্বরূপমখিলং জগদেতদবুদ্ধায়।
অর্থস্বরূপং পশ্যন্তো ভ্রাম্যন্তে মোহসংপ্লবে ॥
যে তু জ্ঞানবিদ শুদ্ধচেতসাস্তেঽখিলং জগৎ।
জ্ঞানাত্মকং প্রপশ্যন্তি ত্বদরূপং পারমেশ্বরম্ ॥
( বি পু ১।৪।৪ ৪১ )

জ্ঞানগী মশক ওইবা আত্মামক ওইবা তাইবঙপান ( জগৎ ) অসিবু জ্ঞান লৈতবা মীশিংনা আত্মাদগী তোপ তোপ্পা পো শিং ওইনা উদুনা অপাম মিংচৌগী মশক ওইবা সংসার সমুদ্রদা কোয়চৎ চত্তুনা লৈ। অদুগা অশেংবা চেতনগী মশক ওইবা জ্ঞানীশি নদি জগৎ পুম্বসিবু পরমেশ্বরনংগী মশক ওইবা জ্ঞানগী মওঙদা উই ॥ ৩৮ ॥

মসিগী মতুংদা অর্জুননা হৌক্লা হৌক্লা কপ্তুনা অসুম্না স্তুতি তৌবা হৌই—

বায়ুর্যমোঽগ্নির্বরুণ শশাঙ্ক
প্রজাপতিস্ত্বং প্রপিতামহশ্চ।
নমো নমস্তেঽস্তু সহস্রকৃত্ব
পুনশ্চ ভূয়োঽপি নমো নমস্তে ॥ ৩৯ ॥

অন্বয় — ত্বং বায়ু যম অগ্নি বরুণ শশাঙ্ক প্রজাপতি প্রপিতামহ চ। তে সহস্রকৃত্ব নম নম অস্তু পুন চ নম ভূয় অপি তে নম ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — ত্বং=ইবুংঙো নহাক বায়ু = নুংশিংনি, যম = যমনি, অগ্নি=মৈনি, বরুণ =বরুণনি শশাঙ্ক =থানি প্রজাপতি =প্রজাশিংবু পোকপিবা কাশ্যপ দক্ষ মচিংবনি, প্রপিতামহ =পিতামহ ব্রহ্মাগীসু মপানি। তে=ইবুংঙো নহাক্কীদমক সহস্রকৃত্ব =লীশংলক হন্না নম নম অস্তু= খুরুমজবা ওইসনু পুন চ=অদুগা অমুক হন্না নমঃ=খুরুমজরি ভূয় অপি=অমুকসু হন্না তে=নংগীদমক নম =খুরুমজরি। ৩৯ ॥

অপুনবা অর্থ — ইবুংঙো নহাক নুংশিংনি যমনি মৈনি ঈশিংগী দেবতা বরুণনি, থানি প্রজাশিংবু পোকপিবা কাশ্যপনচিংবা প্রজাপতিনি, পিতামহ ব্রহ্মাগীসু মপানি। ইবুংঙো নংগী দমক লীশংলক হন্না খুরুমজবা ওইসনু অদুগা অমুক হন্না খুরুমজরি অমুকসু হন্না নংগীদমক খুরুমজরি। ৩৯ ।

নমঃ পুরস্তাদথ পৃষ্ঠতস্তে
নমোঽস্তুতে সর্ব্বত এব সর্ব্ব।
অনন্তবীর্য্যামিতবিক্রমস্ত্বং
সর্ব্বং সমাপ্নোষি ততোঽসি সর্ব্বঃ ॥ ৪ ॥

**অন্বয** — তে পুরস্তাৎ অথ পৃষ্ঠত নম সর্ব্ব। সর্ব্বত এব তে নম অস্ত ত্বং অনন্ত বীর্য্যামিতবিক্রম ত্ব সর্ব্বং সমাপ্নোষি তত সর্ব্ব অসি॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা**ঃ— তে=ইবুংঙো নঙগীদমক, পুরস্তাৎ=মাঙদা অথ=অদুগুম পৃষ্ঠত = তুংদা নম=খুরমজরি। সর্ব্ব=পুম্নমক ওইবা হে ইবুঙো। সর্ব্বত এব=মায়কৈ পুম্নমক্তগী তে নম অস্ত=নঙগীদমক খুরমজবা ওইসনু, ত্বং=ইবুংঙো মহাক্তি অনন্তবীর্য্যামিতবিক্রম = ছমখৈ লৈতবা পাঙ্গল লৈরবা অমসুং চাংদমনিঙাই লৈতবা খুংলু-খুংলাই শীজিন্নবা হৈবনি ত্ব=ইবুঙো নঙনা সর্ব্বং সমাপ্নোষি=তাইবঙপান অসিদা শীনথুনা লৈরিবনি, তত=মরম অসিদগী, সর্ব্বং অসি=নহাক পুম্নমক্কী মশক্কি ॥ ৪ ॥

**অপূনবা অর্থ**ঃ— ইবুঙো নঙগীদমক মাংদা অমসুং তুংদা খুরমজরি। পুম্নমক্কী মশক ওইবা হে ইবুংঙো! নঙগীদমক মায়কৈ পুম্নমক্তগী খুরমজবা ওইসনু। ইবুঙো মহাক্তি ছমখৈ লৈতবা পাঙ্গল লৈবা অমসুং চাংদমনীঙাই লৈতনা খুংলু খুংলাই শীজিন্নবা হৈবনি ইবুংঙো নংনা তাইবঙপান অসিদা শীনথুনা লৈরিবনি মরম অসিদগী মহাক পুম্নমক্কী মশক্কি ॥ ৪০ ॥

ইবুংঙো নংগী অশেংবা মশক অমসুং নতীক-মগুণ খঙদবদগী অহানবদা নংগী নকমদা তৌখিবা অরানবা পুম্নমক ঙাকপিযু হায়দুনা অর্জ্জুনা শ্লোক অনীনা অসুম্না প্রার্থনা তৌরি—

সখেতি মত্বা প্রসভং যদুক্তং
হে কৃষ্ণ হে যাদব হে সখেতি।
অজানতা মহিমানং তবেদং
ময়া প্রমাদাৎ প্রণযেন বাপি। ৪১।
যচ্চাবহাসার্থ মসৎকৃতোঽসি
বিহারশয্যাসন ভোজনেষু।
একোঽথবাপ্যচ্যুত তৎসমক্ষং
তৎক্ষাময়ে ত্বামহমপ্রমেয়ম্ ॥ ৪২ ॥

**অন্বয়**ঃ— তব ইদং মহিমানং অজানতা ময়া সখা ইতি মত্বা প্রমাদাৎ প্রণয়েন বা অপি হে কৃষ্ণ হে যাদব হে সখা ইতি প্রসভং যৎ উক্তং অচ্যুত। বিহারশয্যাসনভোজনেষু এক অথবা তৎসমক্ষং অবহাসার্থং যৎ চ অসংকৃত অসি অহং অপ্রমেয়ং ত্বাং তৎ ক্ষাময়ে॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা :—** তব = ইবুংঙো মহাক্কী ইদং ( রূপং )= বির টকী মশক ওইবা বিশ্বরূপ অসিবু, মহিমানং=অহুগা মতীক মগুণ অসিবু অজানতা ময়া = খঙদ্রবা ঐনা সখা ইতি মত্বা = মরূপনি হায়না খন্দুনা, প্রমাদাৎ = থোওইদবদগী, প্রণয়েন বা অপি=নত্রগা মু শিদবদগী, হে কৃষ্ণ, হে যাদব ! হে সখা = হে কৃষ্ণ, হে যাদব, হে মরূপ ইতি = মতৌ অসুম্না প্রসভং = উশীত্তহুনা, যৎউক্ত = হায়খিবহু অচ্যুত=নঙগী লৈরিবা শকফম অহুদগী হোংবা লৈত্রবা হে ইবুংঙো। বিহার শয্যাসন ভোজনেষু=শান্নবা, তুম্বা ফম্বা, চাবা অসিনচিংবা পুম্নমক্তা, এক = নাত্তোমদা ঙাইবা মতমদা অথবা=নত্রগা তৎসমক্ষং = শাগৈ মাতৈনচিবগী মমাঙদা অবহাসার্থং = মোক্নবগীদমক কাগী তৌনহুনা, যৎ চ অসংকৃত অসি=নঙবু উশীৎ থোওইদনা তৌখিবহু অহং ঐনা অপ্রমেয় = করিগুম্বা প্রমাণ অমনা অয়েপ্পা ওইনা খঙবা ঙমদ্রবা, ত্বাং = ইবু ঙো নঙগী নফমদা তৎ ক্ষাময়ে = মহু পুম্নমকপু ঙাকপিয়ু হায়না প্রার্থনা তৌজরি ॥ ৪১ ৪২ ॥

**অপুনবা অর্থ :—** ইবুংঙো মহাক্কী বিশ্বরূপ অসিবু অমসুং নতীক মগুণসিবু খঙদ্রবা ঐনা মরূপ্নি হায়না খন্দুনা থোওইদবদগী নত্রগা মুংশিদবদগী হে কৃষ্ণ ! হে যাদব ! হে মরূপ। মতৌ অসুম্না উশীত্তহুনা হায়খিবহু অহুগা নঙগী লৈরিবা শকফম অহুদগী তাবা লৈত্রবা ( লেঙদনা লৈবা শকফম ওইবা ) হে ইবুংঙো। শান্নবা তুম্বা ফম্বা চাবা অসিনচিংবা পুম্নমক্তা নত্তোমদা ঙাইবা মতমদা নত্রগা শাগৈ মাতৈনচি বগী মমাঙদা মোক্নবগীদমক কাগী তৌনহুনা নংবু উশীৎ থোওইদনা তৌখিবহু, মহু পুম্নমক করিগুম্বা প্রমাণ অমনা অয়েপ্পা ওইনা খঙবা ঙমদ্রবা ঐনা ইবুংঙো নঙগী নফমদা ঙাকপিয়ু হায়না প্রার্থনা তৌজরি ॥ ৪১ ৪২ ।

অতৈ অত্তোপ্পগী মতৌগুম্না কৃষ্ণ ঐন্সু নঙগী মরূপ অমনি অহুবু করি মরমদগী ঙাকপিয়ু হায়না প্রর্থনা তৌরিবনো অসুম্না হায়রবদা ইবু ঙো মাগী মতীক মগুণবু অসুম্না তাকুনা হায়রি

পিতাসি লোকস্য চরাচরস্য
ত্বমস্য পূজ্যশ্চ গুরুর্গরীয়ান্ ।
ন ত্বৎসমোঽস্ত্যভ্যধিকঃ কুতোঽন্যো
লোকত্রয়েঽপ্যপ্রতিমপ্রভাব ।৪৩॥

**অন্বয় :-** অপ্রতিমপ্রভাব ! ত্বং অস্য চরাচরস্য লোকস্য পিতা অসি, পূজ্য চ গুরু গরীয়ান্, লোকত্রয়ে অপি ত্বৎ সম অন্য ন অস্তি কুত অভ্যাধিক ।

**অন্বয় ব্যাখ্যা :—** অপ্রতিমপ্রভাব = চাংদম্নীঙাই লৈতনা শক্তি লৈবা হে ইবুংঙো! ত্বং= মহাকসি, অস্য চরাচরস্য লোকস্য=অচৎ চত্ত ত্তাইবঙসিগী, পিতা অসি= অপোকপা মপানি চ = অহুগা পূজ্য = পূজা তৌনফম্নি গুরু = অজ্ঞানবু মাঙহনবা ঙম্বা গুরুনি গরীয়ান= খ্বায়দগী অথোইবনি, লোকত্রয়েৎ অপি মহোল অহুম্মক অসিদসু ত্বৎ সম = ইবুংঙো নহাক্কা মান্নবা, অন্য = অত্তোপ্পা অমা, ন অস্তি = লৈতে, কুত অভ্যাধিক =অহেনবনি কদায়দগী ওইগনি ? ॥ ৪৩ ॥

**অপুনবা অর্থ:—** চাংদম্নীংঙাই লৈতবা শক্তি লৈবা হে ইবুংঙো! নহাক অসি অচৎ চন্ত্র ঙাইবগুসিগী মপানি, পূজা তৌনফম্নি গুরুনি অমস্তুং খ্বায়দগী অথোইবনি। মরোল অহুমসিদম্‌ নহাক্না মান্নবা অতোপ্পা অমা লৈতে অহেনবদি কদায়দগী ওইগনি ॥ ৪৩ ॥

ইবুংঙো নহাক্কী নফমদা অরানবা তৌবসিদি মতীক চাদে অস্নুম্না থন্দুনা হায়—

তস্মাৎ প্রণম্য প্রণিধায় কায়ং
প্রসাদয়ে ত্বামহমীশমীড্যম্।
পিতেব পুত্রস্য সখেব সখ্যুঃ
প্রিয়ঃ প্রিয়ায়ার্হসি দেব সোঢ়ুম্ ॥ ৪৪ ॥

**অন্বয়:—** দেব! তস্মাৎ অহং কায়ং প্রণিধায় প্রণম্য ঈড্যং ঈশং ত্বাং প্রসাদয়ে পিতা পুত্রস্য সখা সখ্যুঃ ইব প্রিয়ঃ প্রিয়ায়াঃ (ইবা) সোঢ়ুং অর্হসি।

অন্বয় ব্যাখ্যা — দেব—নশা নতোমদা ঙাল্লোক্লুবা লৈবা হে ইবুংঙো! তস্মাৎ—মরম অসিদগী, অহং—ঐনা কায়ং প্রণিধায়—হকচাং সিবু মখাদা থমহুনা হায়বদি দণ্ডবৎ তৌহুনা প্রণম্য খুমজরগা, ঈড্যং—স্তুতি তৌবদা মতীক চাব ঈশং—পন্নমক্কী মপু ওইবা ঈশ্বর ত্বাং—ইবুংঙো নহাকপু প্রসাদয়ে—পেন্নবা তৌজরি পিতা পুত্রস্য মপা ওইবনা মচাবু সখা সখ্যুঃ—মরূপ্না মরূপ্পু, প্রিয়ঃ প্রিয়ায়াঃ ইব নুপিবনা নুপিবু ঙাকপিবগী মতৌঙুম্না সোঢ়ুং অর্হসি—এবুস্পু ঙাকপিবা মতীক চায় ॥ ৪৪ ॥

**অপুনবা অর্থ** — নশা নতোমদা ঙাল্লোক্লুবা লৈবা হে ইবুংঙো! মরম অসিদগী এনা দণ্ডবৎ তৌনা খুমজরগা স্তুতি তৌবদা মতীক চাবা ঈশ্বর ওইবা হে ইবুংঙো নহাকপু পেন্নবা তৌজরি মপানা মচাবু মরূপ্না মরূপ্পু অমস্তুং নুপিবনা নুপিবু ঙাকপিবগী মতৌঙুম্না নহাক্না ঐবু ঙাকপিবদা মতীক চায় ॥ ৪৪ ॥

মতৌ অস্নুম্না অরানবা ঙাকপিয়ু হায়হুনা প্রার্থনা তৌরবগী তুংদা শ্রীভগবান্দ বিশ্বরূপ থাদোকপিরগা হান্নগী শকফমহু উৎনবিরো হায়না শ্লোক অসীনা হয়রজরি—

অদৃষ্ট পূর্ব্বং হৃষিতোঽস্মি দৃষ্ট্বা
ভয়েন চ প্রব্যথিতং মনো মে।
তদেব মে দর্শয় দেব রূপং
প্রসীদ দেবেশ জগন্নিবাস ॥ ৪৫ ॥

**অন্বয়:—** অদৃষ্ট পূর্ব্ব (রূপং) দৃষ্ট্বা হৃষিত অস্মি ভয়েন চ মে মন প্রব্যথিতম। দেবেশ! জগন্নিবাস! প্রসীদ দেব! তৎ এব রূপং মে দর্শয়।

**অন্বয় ব্যাখ্যা:—** অদৃষ্ট পূর্ব্বং (রূপং)=অহানবদা উখিদ্রিবা রূপসিবু, দৃষ্ট্বা—উরগা, হৃষিত অস্মি=ঐ নুংঙাইহনা পেল্লম্নি, চ=অমস্তুং, ভয়েন=কিবনা মে মন=ঐগী পুক্নীংসি প্রব্যথিত

=য়াম্না লাওভক্লে, মরম অসিনা দেবেশ=লাই পুম্নমক্কী মপু ওইরিবা হে ইবুংঙো। জগন্নিবাস= তাইবংগী তুংনফম ওইরিবা হে ভগবন। প্রসীদ=ঐগী ইকমদা পেন্নবীয়ু দেব=হে দেব। তৎ এব রূপং=অহান্নগী মংগী রূপ অদুতবু মে দর্শয়=ঐগীদমক উহনবীয়ু ॥ ৪৫ ॥

**অপুনবা অর্থ :—** অহাননদা উথিম্লিবা রূপসিবু উরগা ঐ মুংঙাইবনা পেঙরি অমসু কিবনা পুক্নীংসি য়াম্না লাওতক্লরি, মরম অসিনা লাই পুম্নমক্কী মপু ওইবা হে ইবুংঙো। তাইবংগী তুংনফম ওইবা হে ভগবন। ঐগী ইকমদা পেনবীয়ু হে দেব। অহাননগী মঙগী রূপ অদুবু ঐঙোন্দা উহনবীয়ু ॥ ৪৫ ॥

অর্জুননা ভগবাননগী করম্বা মূর্ত্তি য়েংবা পাম্নগে হায়বদু অস্থুম্না তাক্লি—

> কিরীটিনং গদিনং চক্রহস্ত—
> মিচ্ছামি ত্বাং দ্রষ্টুমহং তথৈব।
> তেনৈব রূপেণ চতুর্ভুজেন
> সহস্রবাহো ভব বিশ্বমূর্ত্তে ॥ ৪৬ ॥

**অন্বয় :—** অহং ত্বাং তথা এব কিরীটিনং গদিনং চক্রহস্তং চ দ্রষ্টুং ইচ্ছামি। সহস্রবাহো! বিশ্বমূর্ত্তে! (ত্বং) তেন এব চতুর্ভুজেন রূপেণ ভব ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা :—** অহং—ঐনা ত্বাং=ইবুঙো নহাকপু তথা এব—মতৌ অদুম্নমক, কিরীটিনং—কোক্তা লুহুপ থোননা গদিনং চক্রহস্তং চ=খুত্তা গদা অমসুং চক্র পায়দুনা লৈবদুবু, দ্রষ্টুং ইচ্ছামি=য়েংজবা পামজৈ। সহস্রবাহো—পাম্বোম লীশিং পাননা ইবুঙো। বিশ্বমূর্ত্তে—জগৎকী মশক লৌরিবা হে ভগবন! (ত্বং) তেন এব চতুর্ভুজেন রূপেণ=নহাক্কী খুৎ মরি পানবা শক্লম অদুমক্তবু, ভব=ওইদুনা উহনবীয়ু ॥ ৪৬ ॥

**অপুনবা অর্থ —** ঐনা ইবুঙো নহাক্কী কোক্তা লুহুপ থোননা, খুত্তা গদা অমসুং চক্র পায়দুনা লৈবা মতৌ অদুমক য়েংবা (উবা) পামজৈ। পাম্বোম লীশিং পাননা হে ইবুংঙো! তাইবঙপুম্নগী মশক লৌম্নিবা হে ভগবন। নহাক্কী খুৎ মরি পানবা মশক অদুমক্তবু ঐঙোন্দা উহনবীয়ু ॥ ৪৬ ॥

অর্জুনগী ৱাসিবু তারগা অমসুং মাগী অকিবদু উরগা বিশ্বরূপ মূর্ত্তিদু থাদোক্লুনা মুংশিবা ৱাহৈনা ভগবাননা অর্জুনগী মফমদা অস্থুম্না হায়বা হৌই—

শ্রীভগবানুবাচ

> ময়া প্রসন্নেন তবার্জ্জুনেদং
> রূপং পরং দর্শিতমাত্মযোগাৎ।
> তেজোময়ং বিশ্বমনন্তমাদ্যং
> যন্মে ত্বদন্যেন ন দৃষ্টপূর্ব্বম্ ॥ ৪৭ ॥

অন্বয় ঃ— শ্রীভগবান উবাচ—অর্জ্জুন ! প্রসন্নেন ময়া আত্মযোগাৎ যে ইদং পরং রূপং তব দর্শিতম্। যৎ তেজোময়ং বিশ্বং অনন্তং আদ্যং (রূপং) ত্বদন্যেন ন দৃষ্টপূর্ব্বম ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— শ্রীভগবান উবাচ – শ্রীভগবান্না হায়বিখি— অর্জ্জুন=হে অর্জ্জুন ! প্রসন্নেন ময়া=নহাক্তী নকমদা থোইদোক্লা পেল্লবা কৃষ্ণ ঐনা আত্মযোগাৎ=ঐগী তৌবা ঙম্বা শক্তিগী মশক ওইবা মায়ানা মরম ওইদুনা যে—পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐগী, ইদ পর রূপং—অথোইবা শক্তম অসিবু তব দর্শিতং=নহাক্তীদমক উহনবনি যৎ—অসিগুম্বা তেজোময় =মঙালগী মশক ওইবা বিশ্বং—তাইবঙপানগী মশক লোবা অনন্তং=ঙমখৈ লৈতবা, আদ্য —সৃষ্টিগী অহাম্বদা ওইবা রূপ অসি, ত্বদন্যেন=নহাক নত্তবা অতোপ্পা অমনা ন দৃষ্ট পুর্ব্ব —অহান্বদা কদৌঙৈদসু উথিদবনি ॥৪৭॥

অপুনবা অর্থ ঃ— শ্রীভগবান্না হায়বিখি— হে অর্জ্জুন ! নহাক্তী নকমদা থোইদোক্লা পেল্লবা কৃষ্ণ ঐনা ঐগী তৌবা ঙম্বা শক্তিগী মশক ওইবা মায়ানা মরম ওইদুনা ঐগী অথোইবা শক্তম সিবু নহাক্তীদমক উহনবনি। অসিগুম্বা মঙালগী মশক ওইবা তাইবঙপানগী মশক লোবা ঙমখৈ লৈতবা অমসু সৃষ্টিগী (লৈশেম্বগী) অহান্বদা ওইবা রূপ অসিবু নহাক নত্তবা অতোপ্পা অমনা অহান্বদা কদৌঙৈদসু উথিদবনি ॥ ৪৭ ॥

বিশ্বরূপ উবসি কঙমদবনি হায়বসিবু হৌত্তিক ভগবান্না অসুম্না তাক্লি—

ন বেদযজ্ঞাধ্যযনৈর্নদানৈ-
র্ন চ ক্রিয়াভির্ন তপোভিরুগৈ ।
এবং রূপ শক্য অহং নৃলোকে
দ্রষ্টুং ত্বদন্যেন কুরু প্রবীর ॥ ৪৮ ॥

অন্বয় ঃ— কুরুপ্রবীর ! বেদযজ্ঞাধ্যয়নৈ ন দানৈ, ন ক্রিয়াভি চ উগ্রৈ তপোভি এবংরূপ অহং ত্বদন্যেন নৃলোকে দ্রষ্টু নশক্য ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — কুরুপ্রবীর=কুরুগী শগৈদা থোইদোক হেন্দোক্লা কয়া অর্জ্জুন। ন বেদ যজ্ঞাধ্যয়নৈ —স্বরগা লোয়ননা গুরুনা হায়বা মতু ইম্না হায়দুনা বেদশিং বু তম্বা অমসুং মীমাংসা কল্পনচিংবা লাইরিকশিং তমদুনা নৈনরগা যজ্ঞ করম্না তৌগদপে হায়বদু খঙবনা (কৃষ্ণ ঐগী রূপসিবু) উবা ঙমদে, ন দানৈ —দানশিং তৌবদগীসু উবা ঙমদে, ন—ক্রিয়াভিং—অগ্নিহোত্র নচিংবা হোম তৌবনসু উবা ঙমদে, চ—অমসুং, উগ্রৈ তপোভি =য়াম্না কনবা, চান্দ্রায়ণ নচিংবা তপ তৌবদগীসু এবং রূপং অহং=মতৌ অসুম্না বিশ্বরূপ লোদুনা লৈবা কৃষ্ণ ঐবু ত্বদন্যেন= নং নত্তবা অতোপ্পা অমনা, নৃলোকে=তাইবঙপানসিদা, দ্রষ্টুং ন শক্য =উবা ঙমদে ॥ ৪৮ ॥

অপুনবা অর্থ ঃ— কুরুগী শগৈদা থোইদোক হেন্দোক্লা কয়া হে অর্জ্জুন। বেদশিংবু স্বরগা লোয়ননা হায়বদু তম্বা, যজ্ঞশিং তৌবসু, খঙনবা তম্বা, দান য়াম্না তৌবা অগ্নিহোত্রনচিংবা

হোম তৌবা অহুগা য়াম্না কন্বা তপ তৌবা অসিনচিংবনীগীন্নু মতৌ অমুম্না বিশ্বরূপ লৌহনা লৈবা কৃষ্ণ ঐবু নং মত্তবা অতোম্না অমনা তাইবঙপানসিদা উবা ঙমদে ॥ ৪৮।

ঐনা উৎলিবা রূপসিবু য়েংলগা নংগী পুক্নীংগী লাওতক্লবনদি মসিবু অমুক হন্না লৌশিন্নগে অমুম্না ভগবান্না হায়রি—

মা তে ব্যথা মা চ বিমূঢ়ভাবো
দৃষ্ট্বা রূপং ঘোরমীদৃঙ্মমেদম্।
ব্যপেতভীঃ প্রীতমনাঃ পুনস্ত্বং
তদেব মে রূপমিদং প্রপশ্য ॥ ৪৯ ॥

অন্বয — মম ঈদৃক ঘোরং ইদং রূপং দৃষ্ট্বা তে ব্যথা মা, বিমূঢ়ভাব ! চ মা ত্বং পুন ব্যপেতভী প্রীতমনা মে ইদং তৎ এব রূপং প্রপশ্য।

অন্বয ব্যাখ্যা :— মম=কৃষ্ণ ঐগী ঈদৃক=অসিগুম্বা ঘোর=অকিবগী মশক ওইবা ইদ রূপং=রূপ অসিবু দৃষ্ট্বা=উরগা, তে ব্যথা মা=নংগী লাওতক্লবা ওইদসনু চ=অমসুং বিমূঢ় ভাব মা=তৌকম খঙদবা মতৌহ্ন লৈতসনু ত্বং=নহাক, পুন=অমুক হন্না ব্যপেতভী অকিবা লৈতনা প্রীতমনা=পুক্নীং পেন্না মে=কৃষ্ণ ঐগী, ইদং তৎ এব রূপং—অহানবগী রূপ অহুমক ওইবা রূপসিবু প্রপশ্য নীংথিনা য়েংজরো ॥ ৪৯ ॥

অপুনবা অর্থ — কৃষ্ণ ঐগী অসিগুম্বা অকিবগী মশক ওইবা রূপসিবু উরগা নংগী পুক্নীং লাওতক্লবা ওইদসনু অমসুং, তৌকম খঙদবা মতৌহ্ন লৈতসনু। হৌজিক নহাক অমুক হন্না অকিবা লৈতনা অমসুং পুক্নীং পেন্না ঐগী অহানবগী রূপ অহুমক ওইবা রূপসিবু নীংথিনা য়েংজরো। ৪৯ ॥

মহুগী মতুংদা শ্রীভগবান্না করি তৌবগে হায়বহ্ন সঞ্জয়না ধৃতরাষ্ট্রগী মফমদা অসুম্না তাক্লি—

সঞ্জয় উবাচ।

ইত্যর্জ্জুনং বাসুদেবস্তথোক্ত্বা
স্বকং রূপং দর্শয়ামাস ভূয়ঃ।
আশ্বাসয়ামাস চ ভীতমেনং
ভূত্বা পুনঃ সৌম্যবপুর্মহাত্মা ॥ ৫০ ॥

অন্বয় :— সঞ্জয় উবাচ—মহাত্মা বাসুদেব অর্জ্জুনং ইতি এবং তথা উক্ত্বা ভূয়ং স্বকং রূপং দর্শয়ামাস। পুন চ সৌম্যবপু ভূত্বা ভীতং এনং আশ্বাসয়ামাস ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা :— সঞ্জয় উবাচ=সঞ্জয়না ধৃতরাষ্ট্রগী মফমদা হায়খি—মহাত্মা=পুকচেল চাউরবা, বাসুদেবং=বাসুদেবগী মচা শ্রীকৃষ্ণনা, অর্জ্জুনং=অর্জ্জুনদা, ইতি এবং=মতৌ অসুম্না তথা উক্ত্বা=মথক্তা হায়খিবা বাহ্ন হায়রগা, ভূয়ং=অমুক হন্না, স্বকং রূপং=মশাগী হানগী শকতম

অহুবু, দর্শয়াগ্গাসনা—উহনখি চ=অহুসা, পুনঃ=অমুক হন্না সৌম্যবপু ভূত্বা=মীংখিব্রবা শক্তম ওইরগা, ভীত এবং=কিবা কিবা লৈরিবা অর্জুনহুবু আশ্বাসয়াম্ াস=তপথহনখি ॥ ৫০ ॥

**অপুনবা অর্থ**।— সঞ্জয়না ধৃতরাষ্ট্রগী মফমদা হায়খি—পুকচেল চাউরবা বাসুদেব শ্রীকৃষ্ণনা অর্জুনদা মতৌ অসুম্না মথক্তা হায়খিবা বাহুবু হায়রগা হান্নগী মশাগী মশক অহুবু উহনখি অমসুং মী খিব্রবা শক্তম ওইরগা কিহুনা লৈরিবা অর্জুনহুবু অমুক হন্না তপথহনখি ॥ ৫ ॥

অর্জুনা শ্রীভগবানগী মীগী শক্তম অহু অমুক হন্না উরগা মপুক্কী তপথরহুনা অসুম্না হায়জখি—

অর্জুন উবাচ

দৃষ্টেদং মানুষং রূপং তব সৌম্যং জনার্দন।
ইদানীমস্মি সংবৃত্ত সচেতা প্রকৃতিং গত ॥ ৫১॥

অন্বয় — অর্জুন উবাচ--জনার্দন! তব ইদং সৌম্যং মানুষং রূপং দৃষ্টা ইদানীং (অহং) সচেতা সংবৃত্ত অস্মি প্রকৃতি (চ) গত।

**অন্বয় ব্যাখ্যা**:— অর্জুন উবাচ—অর্জুনা হায়খি জনার্দন—ভক্তশিংগী অবাবু মাংহনবীবা হে কৃষ্ণ! তব=হৈবুংগো নংগী ইদং সৌম্য=পুক্কী হুনবগী মশক ওইবা মীংখিজরবা, মানুষং রূপং—মীওইবগী শক্তমসিবু দষ্টা=উজরগা, ইদানীং—হৌজিক, (অহং) সচেতা — ঐ পুক্কী পেন্দুনা তপথবা সংবৃত্ত অস্মি—ফংবা ওইজরে, চ—অমসুং প্রকৃতিং গত = পুক্কীং লৈতাবা ওইরে ॥ ৫১ ॥

**অপুনবা অর্থ**।— অর্জুনা হায়জখি— ভক্তশিংগী অবাবু মাংহনবীবা হে কৃষ্ণ। হৈবুংগো নংগী পুক্কী হুনবগী মশক ওইবা মী খিজরবা মীওইবগী শক্তমসিবু উজরগা হৌজিক ঐগী পুক্কীং পেন্নহুনা তপথবা ফংজবা ওইরে অমসুং পুক্কীং লৈতাবা ওইরে ॥ ৫১।

অর্জুনগী মফমদা শ্রীভগবান্না উহনখিবা রূপ অহু অতোপ্পনা উবা ফংগমদবনি হায়না শ্লোক মরিদা তাক্লি—

শ্রীভগবানুবাচ

সুদুর্দর্শমিদং রূপং দৃষ্টবানসি যন্মম।
দেবা অপস্য রূপস্য নিত্যং দর্শনকাংক্ষিণ ॥ ৫২॥

**অন্বয়**:— শ্রীভগবান উবাচ—মম যং ইদং রূপং দৃষ্টবান অসি, (তং) সুদুর্দর্শম, দেবা অপি অস্য রূপস্য নিত্যং দর্শনকাংক্ষিণ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা**:— শ্রীভগবান উবাচ—শ্রীভগবান্না হায়বিখি—মম=কৃষ্ণ ঐগী, যং ইদং রূপং =অসিগুম্বা শক্তম অসিবু, দৃষ্টবান অসি=অর্জুন নঙনা উরে (তং) সুদুর্দর্শং=মহু পাক উবা য়াদবা শক্তমনি, দেবা অপি=লাইশিং কাওবসু অস্য রূপস্য=শক্তম অসিবু নিত্যং=মতম লৈবা খিবিক্তা দর্শনকাংক্ষিণ =য়ে বা (উজবা) পামহুনা লৈরিবনি ॥ ৫২ ॥

ইবুংঙো মাগী বিশ্বরূপ ওইবা মশক অহুবু উবা ফংডমদবগী মরমবু অস্থুম্না তাকুনা হায়রি—

নাহং বেদৈর্ন তপসা ন দানেন ন চেজ্যয়া।
শক্য এবংবিধো দ্রষ্টুং দৃষ্টবানসি মাং যথা ॥ ৫৩॥

অন্বয় ঃ— (ত্বং) যথা মাং দৃষ্টবান অসি, এবং বিধ অহং ন বেদৈ, ন তপসা ন দানেন ন চ ইজ্যয়া দ্রষ্টুং শক্য ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা —(ত্বং) যথা=নহাক্না মতৌ অস্থুম্না, মাং=বিশ্বরূপ লৌরবা ঐগী শক্তমবু দৃষ্টবান অসি=উখ্রে এবং বিধ=মতৌ অহুগুম্বা, অহং=কৃষ্ণ ঐসিবু ন বেদৈ দ্রষ্টুং শক্য= ঋক-মচিংবা বেদ মরি তম্বনস্থু উবা ঙম্মোই ন তপস=চান্দ্রায়ণ মচিংবা তপ তৌবনস্থু উবা ঙম্মোই ন দানেন=দান য়াম্না তৌবনস্থু উবা ঙম্মোই চ=অহুগা ন ইজ্যয়া দ্রষ্টুং শক্য= যজ্ঞশিং তৌবনস্থু উবা ঙম্মোই ॥ ৫৩॥

অপুনবা অর্থ ঃ— নহাক্না মতৌ অস্থুম্না বিশ্বরূপ ওইবা ঐগী ইশকপু উখ্রে, মতৌ অহুগুম্বা শক্তম লৌবা কৃষ্ণ ঐবু বেদ তম্বনা, তপ তৌবনা, দান তৌবনা অমস্তুং যজ্ঞ তৌবনা উবা ঙম্মোই ॥ ৫৩॥

অদু ওইরবদি করম্বা উপায় তৌরগা ইবুংঙো নহাক্না নশক অহুবু মীনা উবা ফংগদগে হায়না চিংনরবদা মহুগী পাউখুম অস্থুম্না পীরি—

ভক্ত্যা ত্বনন্যযা শক্য অহমেবংবিধোঽর্জ্জুন।
জ্ঞাতুং দ্রষ্টুং চ তত্ত্বেন প্রবেষ্টুঞ্চ পরন্তপ ॥ ৫৪॥

অন্বয় ঃ— পরন্তপ অর্জ্জুন। অনন্যয়া ভক্ত্যা তু এবংবিধ অহ তত্ত্বেন জ্ঞাতুং দ্রষ্টুং চ প্রবেষ্টুং চ শক্য।

অন্বয় ব্যাখ্যা — পরন্তপ অর্জ্জুন=য়েক্লববু মৈচাক পীবা হে অর্জ্জুন। অনন্যয়া ভক্ত্যা তু= অতোপ্পা করিগুম্বা অমবু নীংউ খল্লুবা তৌদনা বাসুদেব ভগবান ঐতোম্মক্তদা পুক্নীংথিংজিন্দুনা থম্বগী মশক ওইবা ভক্তি অহুমক্তনা মরম ওইদুনা, এবং বিধ অহং=মওঙ অসিগুম্বা হায়বদি বিশ্বরূপকী শক্তম লৌরিবা কৃষ্ণ ঐসিবু তত্ত্বেন জ্ঞাতুং শক্য=শাস্ত্র-মচিংবা তম্বা, তাবদগী নীংথিনা খঙবা ঙমগনি, চ=অমস্তুং, দ্রষ্টুং তত্ত্বেন=অশেংবা ওইনা শংশঙনস্থু উবা ঙমগনি চ=অহুগা, প্রবেষ্টুং শক্য=মমৈথঙদা কৃষ্ণ ঐতোন্দা তিনবগী মশক ওইবা মোক্ষবুস্থু ফংবা ঙমগনি ॥ ৫৪॥

অপূনবা অর্থ ঃ— য়েক্লবশিবু মৈচাক (অরাবা) পীহৈবা হে অর্জ্জুন। অতোপ্পা করিগুম্বা অমত্তবু নীংউ-খল্লুবা তৌদনা বাসুদেব কৃষ্ণ ঐতোম্মক্তদা পুক্নীং থিংজিন্দুনা থম্বা ভক্তি অহুমক্তনা মরম ওইদুনা বিশ্বরূপকী শক্তম লৌরিবা কৃষ্ণ ঐসিবু নীংথিনা খঙবা ঙমগনি অমস্তুং শংশঙনা উবস্থু ঙমগনি অহুগা শাস্ত্রমচিবা তম্বা তাবদগীস্থু নীংথিনা খঙবা ঙমগনি অহুগা মমৈথঙদা ঐতোন্দা তিনবগী মশক ওইবা মোক্ষবুস্থু ফংবা ঙমগনি ॥ ৫৪॥

## অথূপ্পা বা

শ্রীভগবানবু ফংনবা অমসুং খঙনবা উপায়শিংগী মনুংদা ভক্তিগা মান্নবা অরাবরা অতোপ্পা উপায় অমা লৈতে। ইবুংঙো মঙোন্দা তৌজরিবা ভক্তি অদুনা মরম ওইদুনা ভক্ত অদুগী পূক্নীং শেংদোকখিদুনা মাগী শেংলবা পূক্নী অদুদা শ্রীভগবান ফোঙদোক্লুনা লৈবা মরম্না ইবুংঙো মাগী অশেংবা তত্ত্ব খঙবা ঙমই। ইবু ঙো মহাক্তি য়াম্না নুংশিরবা আত্মাগী মশক ওইনা থরায়পানবা পুন্নমক্কী হৃদয়দা লৈরিবনি, অদুবু সংসারগী পোৎ চৈশি দা অপাম মিহৌ তৌদুনা লুপ্ত না লৈরিবা মীশিংনা ইবুংঙো মাবু খঙবা ঙমদদুনা ঙমথে লৈতবা অরাবদা তাদুনা লৈরিবনি। ইবু ঙো মাবু পূক্নীং অমী লোঙদনা নীজবা অফবা ভক্ত ওইবা মীদনা ইবু ঙো মাবু নুংশিরবা আত্মানি হায়বসি খঙবা ঙমই। মরম অসিনা উদ্ধবকী মফমদসু শ্রীভগবান্না অস্ম্না হায়রি— "ভক্ত্যাহহমেকয়া গ্রাহ্য শ্রদ্ধয়াত্মাপ্রিয়ঃ সতাম্।" (ভাগ ১১। ৪।২১)— "হে উদ্ধব। অফবা সাধু ওইবা মীশিংগী নুংশিরবা আত্মা ঐসি য়াম্না থাজবগা লোয়নররা ভক্তিতনা মরম ওইদুনা ফ বদা মতীক চায়॥" মরম অসিনা ইবুংঙো মাবু ফংননবা হোৎনবদা অতোপ্পা উপায় থোইনা কান্নদে হায়বসিবুসু অস্ম্না তাক্লি—

> ন সাধয়তি মাং যোগো ন সাংখ্যং ধর্ম্ম উদ্ধব।
> ন স্বাধ্যায়স্তপস্ত্যাগো যথা ভক্তির্মমোর্জ্জিতা॥
>
> (ভাগ ১১।১৪।২০)

"হে উদ্ধব। কৃষ্ণ ঐগী ইফমদা লৈবা অশেংবা ভক্তিনা ঐবু ফংহনবগী মতৌগুম্না যোগ সাংখ্য, ধর্ম্মগী মশক ওইবা কর্ম্ম, বেদ তম্বা তপ অমসুং ত্যাগ (য়ুম কৈনচিংবা থাদোকপা অসিনচিংবনা ফংহনবা ঙমদে।" মতৌ অস্ম্না কৈবল্য মোক্ষ (শ্রীভগবান্দ তিনবগী মশক ওইব মোক্ষ) ফংনবগীদমক ব্রহ্মজ্ঞান ওইনবা হোৎনবদসু ভক্তিদনা মকোক ওইবা উপায় অমনি। মরম অসিনা মসিগী মরমদা শ্রুতিনা অস্ম্না হায়রি— "ভক্ত্যা বিনা ব্রহ্মজ্ঞানং কদাপি ন জায়তে। (ত্রি ম উ ৮।১)— "ভক্তি য়াওদনা ব্রহ্মজ্ঞান কদোৎঙৈদসু পোক্তে।" "ভক্তি যোগান্মুক্তিং বুদ্ধিমতামনায়াসেনাচিরাদেব তত্ত্বজ্ঞানং ভবতি।" (ত্রি ম উ ৮।২)— "ভক্তিযোগ তৌবদগী মূক্তি ওই। লৌশিংশিংবা মীশিংগী য়াম্না লায়না অমসুং থোন্দনা তত্ত্বজ্ঞান ওই।" মরম অসিনা ঐ ভক্তনি হায়বা নাপল তৌদনা য়াম্না যোল্লুকপগা লোয়ননা তত্ত্বজ্ঞান ফংনী বা মীন ভক্তি তৌদুনা লৈগদবনি, মহুদা চাউথোক্লুনা অমসুং নাপল তৌদনা লৈরিবা ভক্তি অ করিমত্তা কান্নরোই।৫৪॥

হৌজিক গীতাশাস্ত্র অসিগী অথোইবা শরুক ওইবা অর্থ অহবু শ্রীভগবান্না মোক্ষ পান্ন নীশিংগীদমক মথাগী অস্ম্না পুনশিন্দুনা তাকপিরি—

মৎকর্ম্মকৃন্মৎপরমো মদ্ভক্ত সঙ্গবর্জ্জিতঃ।
নির্বৈরঃ সর্ব্বভূতেষু যঃ স মামেতি পাণ্ডব ॥ ৫৫ ॥

ইতি শ্রীমদ্ভগবদগীতাসূপনিষৎসু ব্রহ্মবিদ্যায়াং যোগশাস্ত্রে শ্রীকৃষ্ণার্জ্জুন সংবাদে বিশ্বরূপদর্শনযোগো নামৈকাদশোঽধ্যায়ঃ ॥ ১১ ॥

**অন্বয়** — পাণ্ডব! য মৎকর্ম্মকৃৎ মৎপরম মদ্ভক্ত সঙ্গবর্জ্জিত সর্ব্বভূতেষুনির্বৈর স মাম এতি ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা**ঃ— পাণ্ডব=পাণ্ডুগী মচা হে অর্জ্জুন! য =মী অদু মৎকর্ম্মকৃৎ=কৃষ্ণ ঐগী পেন্নবগীদমক কর্ম্ম তৌবা মৎপরম স্বর্গনচিংবা পুম্নমকপু মী না থাদোক্নুনা কৃষ্ণ ঐমক্তবু ফংগে হায়না লেপ্লবা মদ্ভক্ত —অতৈ অতৈ পুম্নমক থাদোক্লগা কৃষ্ণ ঐমক্তগী উপাসনা অমস্তুং ভজন তৌদুনা লৈবা সঙ্গবর্জ্জিত =সংসারগী পোংচৈ পুম্নমক্তা অপাম মিহৌ থাদোক্লবা সর্ব্বভূতে নির্বৈর থবায়পানবা পুম্নমক্তী মফমদা কন্নিমত্ত য়েক্লবা থমত্রবা ওইরবদি, স —অদুগুম্বা মহাক অদুনা, মাং—কৃষ্ণ ঐবু, এতি—ফংই ॥ ৫৫ ॥

**অপুনবা অর্থ** — পাণ্ডুগী মচা হে অর্জ্জুন! মী অদুনা কৃষ্ণ ঐগী পেন্নবা কর্ম্ম তৌবা স্বর্গনচিংবগী অপাম্বা থাদোক্তুনা কৃষ্ণ ঐমক্তবু ফংগে লেপ্লবা, অতোপ্পা পুম্নমকপু মী বা তৌদনা কৃষ্ণ ঐমক্তগী উপাসনা অমস্তুং ভজন তৌদুনা লৈবা, সংসারগী পোংচৈ পুম্নমক্তা অপাম মিহৌ থাদোক্লবা অমসুং থবায়পানবা পুম্নমক্তী মফমদা কন্নিমত্তা য়েক্লবা থমদবা ওইরবদি, অদুগুম্বা মী মহাক অদুনা কৃষ্ণ ঐবু ফংই। ৫৫।

অথুপ্পা ঃ।

শ্রীভগবান কৃষ্ণবু ফংগে হায়না লেপ্পা ভক্ত ওইবা মীশিংনা থায়দগী ইহান হানবদা ইবুংঙো মাগী পেন্নবগীদমক্তা, ইবুংঙো মঙোন্দা পুম্নমক কথোক্তুনা থবক পুম্নমক তৌগদবনি। থবকশিং অদুদি ব্যবহারদা চংনরিবা ওইবা য়াই অদুগা শাস্ত্রনা তৌ হায়না তাকপা থবকশু ওইবা য়াই। মদু পুম্নমক তৌবদা মদুদগী ওইরকদবা কন্নিগুম্বা মহৈ অমত্তবু, ভক্তদুনা মশাগীদমক পাম্লোইদবনি সুপ্পা ইবুংঙো মাগী চরণদা কথোক্তুনা ইবুংঙো মানা পেশিন্নবদি লোইরে হায়না খল্লুনা থবক পুম্নমক তৌগদবনি। মস্তুম্না তৌরবতদা শ্রীভগবান্‌গীদমক তৌবা থবক্কি হায়দা খঙগদবনি। হায়রিবা থবকশিং অসিনু হকচাংনা তৌবদা মত্তনা মীৎ-নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয় পুম্নমকশু তৌগদবনি মদুতদা শ্রীভগবান্না পেনশিপদবনি। মরম অসিনা ভক্ত ওইবা মীশিংনা পুক্নীং শেংনা শ্রীভগবানগী মফমদা অস্তুম্না হায়জগদবনি—

বাণী গুণানুকথনে শ্রবণৌ কথায়াং
হস্তৌ চ কর্ম্মসু মনস্তব পাদ যোর্নং।
স্মৃত্যাং শিরস্তব নিবাস জগৎপ্রণামে
দৃষ্টি সতাং দর্শনেঽস্তু ভবত্তনূনাম্॥
(ভাগ ১।১।৩৮)

"চৌবসিবা ইবুংঙো মহাক্কী নাম অমসুং নতীক ময়াই শকচ শোক্তবা লৈবা মাকো অমীসিবা ইবুংঙো মঙগী মারী মাতায় তাববা লৈবা অমসুং খুৎ অমীনা ইবুংঙো মহাক্কী থবকশিং তৌবা লৈবা অদুগা ঐখোয়গী পুক্কী (মন) অসিনা ইবুংঙো মহাক্কী চরণ অমীমক অদুবু মতম পুম্নমক্তা নীংশিংনবা লৈবা, কোক অসিনা ইবুংঙো মহাক্কী লৈফম (মন্দির) ওইবা তাইবংপাম পুম্নমকসিবু খুরমজবা লৈবা অদুগা মীৎ অমীসিনা ইবুংঙো মহাক্কী হকচাং শিংগী মশক ওইবা সাধুশিংবু য়েংজবা লৈবা অসিমক্তবু পীবিয়ু।"

অসুম্না হায়জবা মহুগী মতুং ইন্না ইবুংঙো মাগীদমক থবক পুম্নমক তৌগদবনি। অদুগা থবকশি অদু তৌবদা শ্রীভগবানগী পেন্নবতা ওইবা খল্লুবা করিমত্তা মহৈ পামদনা লৈগদবনি। মসিদা মতুবা স সারগী পোৎ চৈশিংদা অপাম্বা পোক্তুবা মুংশিত্তবা লৈরবসু শ্রীভগবানগী মী থিবা ভজন তৌবা য়ারোই। মরম অসিনা অপাম-মিহৌবুসু থাদোক্তদবনি। মসিগী মরমদা বরাহোপনিষত্ত অসুম্না হায়রি— "সর্ব্বসঙ্গনিবৃত্তাত্মা স মামেতি ন সংশয়ঃ" (২।৩৬)— "পুক্কী দা অপাম মিহৌ পুম্নমকপু পুমথা থাদোক্লবা মহাক অদুনা ভগবান ঐবু ফংই মসিদা করিমত্তা চিংনবা লৈতে।" সঙ্গত্যাগং বিদুর্মোক্ষম্" (অন্ন উ ৫।৪)— "সংসারগী পোৎ পুম্নমক্কী অপাম মিহৌ থাদোকপা অসিমক মোক্ষনি হায়বা খঙগদবনি।" মরম অসিনা শ্রীভগবানবু ফংনীংলবদি সংসারগী পোৎশিংদা লৈবা অপাম মিহৌসিবুসু থাদোকপা তাই। অদুবু মহ থাদোক্লবসু অতোপ্পগী মফমদা য়েক্লবগী ভাব থম্নবদি পুক্কীং শেংবা য়ারোই, পুক্কীং শেংত্রবদি শ্রীভগবানবু পুক্কী দা শংশঙবা উবা ঙম্লোই। মরম অসিনা থরায়পানবা পুম্নমক্কী মফমদসু য়েক্লবগী ভাব থম্লোইদবনি পুম্নমক্কী মফমদা শ্রীভগবানগী মশকমক্তা য়ে গদবনি হায়বদি উরিবা পুম্নমক ঈশ্বরগী মশকমক্তি হায়বা মীৎয়েং থমগদবনি। মহুম্না তৌরবতদা য়াইফবা ওইগনি। মসিবু শ্রীভগবান্না অসুম্না হায়রি—

অয়ং হি সর্ব্বকল্পানাং সধ্রীচীনো মতো মম।
মদ্ভাব সর্ব্বভূতেষু মনোবাক্কায়বৃত্তিভি॥
(ভাগ ১১।২৯।১৯)

"হে উদ্ধব। পুক্নীং হকচাং বাহৈদগী ওইবা থবক পুম্নমক্তা থবায়পাবনা পুম্নমক্কী মক্মদা কৃষ্ণ ঐগী ভাব থমজুনা আচরণ তৌগদবনি হায়বদি লমচৎ চৎকদবনি, মসি কৃষ্ণ ঐবু ফংনবা উপায়শিংগী মধ্যংদা খ্বায়দগী অফোইবা উপায়নি হায়বসি কৃষ্ণ ঐগী অয়েঙ্গা মতনি।"

মরম অসিনা শ্রীভগবান্না তাকপা মতু, ইন্না ভক্ত ওইবা মীনা অসিগুম্বা লমচৎ চত্নুনা লেপদবনি, মদুম্না তৌদুনা লৈরবদি শ্রীভগবানবু ফংগনি হায়বসিদা করিমত্ত চিংনকম থোক্তে ॥৫৫॥

মতৌ অসুম্না শ্রীভগবান্না শকপা উপনিষদ্শিংদা ব্রহ্মবিদ্যাগী মশক ওইবা
যোগশাস্ত্রগী মধ্যদা অর্জুন অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী বাহং পাউখুম ওইবা
তাঙনবদা "বিশ্বরূপ দর্শনযোগ" কৌবা তরামাথোইগুবা অধ্যায়গী
স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিনা ইবা অথুপ্পা বাগা
লোয়নবা অন্বয় ব্যাখ্যা লোইরে। ১১।

— ওঁ



# শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতা

( অথ দ্বাদশোঽধ্যায়ঃ )

তরানিথোইশুবা অধ্যায়

ওঁ ভগবতে ভক্তবৎসলায় কৃষ্ণায় নমঃ ॥

তরানীথোইশুবা অধ্যায় অসিগী মমিং ভক্তিযোগনি। অধ্যায় অসিদা সগুণ অমসুং নির্গুণ ব্রহ্মগী উপাসনা তৌবা ভক্তশিংগী খেন্নবা অমসু উপাসনা অমী অসিগী তোপ্পা তোপ্পা সাধন তাকখি। মথংদা মথক্কী অধ্যায় ১১ শুবগী মমৈদা—"মৎকর্ম্মকৃন্মৎপরমো মদ ভক্ত" ঐগীদমক কর্ম্ম তৌবা ঐ মক্তবু কনগে লেপ্লবা ঐগী ভক্তি ওইবা" অসিনচিংবনা হায়খিবা 'ঐ' হায়বা অসিগী মরমদা চিংনবা পোকই— মথংদি নির্গুণ নিরাকার ( গুণ অমসুং মওং লৈতবা ) ব্রহ্মবু "ঐ" হায়বা বাকৈনা হায়বরা নত্রগা সগুণ সাকার ( গুণ অমসুং মওং লৈবা ) ব্রহ্মবু "ঐ" হায়বা বাকৈনা হায়বরা? মরমদি "তেষাং জ্ঞানী নিত্যযুক্ত একভক্তির্বিশিষ্যতে" (গীতা ৭।১৭) "ভক্তশিংগী মনুংদা সুপ্পা ব্রহ্মদা ভক্তি তৌহনা লৈবা জ্ঞানী ভক্ত খ্বায়দগী অথোইবনি" অসি নচিংবা বাহৈ কয়ামুক্তা নিরাকার ব্রহ্মগী উপাসনা মথক্তা হায়রে মতৌ অহুমা বিশ্বরূপনচিংববু লৌহনা সাকার ব্রহ্মগী উপাসনাসু হায়রে। ফীবম অসিদা উপাসনা অনীসিগী মনুংদা অর্জুন-গীদমক কন্নবনা মতীক চাবগে হায়বাস খল্লীংহনা অহানদা অর্জুনা শ্রীভগবানগী মফমদা হংখ্রে—

অর্জ্জুন উবাচ

এবং সততযুক্তা যে ভক্তাস্ত্বাং পর্য্যুপাসতে।
যে চাপ্যক্ষরমব্যক্তং তেষাং কে যোগবিত্তমঃ ॥ ১ ॥

অন্বয় :— অর্জ্জুন উবাচ এবং সততযুক্তা যে ভক্তা ত্বাং পর্য্যুপাসতে যে চ অপি অব্যক্তং অক্ষরং ( পর্য্যুপাসতে ) তেষাং কে যোগবিত্তম।

অন্বয় ব্যাখ্যা.— অর্জ্জুন. উবাচ—অর্জ্জুনা হায়জখি—এবং—মথক্তা হায়খিবগী মতৌ অহুমা ( মৎকর্ম্মকৃৎ অসিনচিংবনা হায়খিবগী মতৌ অহুমা ), সততযুক্তা —মতম পুম্নমক পুক্নীং

থি‌ংজিনহুনা লৈরবা, যে ভক্তা =ভক্তশিং অহুনা, ত্বাং=সগুণ সাকার ওইবা ইবুংঙো নহাক্কী পর্যুপাসতে=নীংথিনা উপাসনা তৌহুনা লৈ, চ=অহুগা যে অপি—অতোপ্পা কাংবু অমনস্তু অব্যক্তং=কোংদোক্তবা ময়মদগী ইন্দ্রিয়শিংনা লোৌবা ঙমদ্রবা অক্ষরং=অমাঙ অতা লৈত্রবা নিগুণ নিরাকার ব্রহ্মগী মশক ওইবা ইবুংঙো নহাক্কী, পর্যুপাসতে=নীংথিনা উপাসনা তৌই, তেষাং—মতৌ অস্থুম্না উপাসনা তৌবা মখোয় কাংবু অনীসিগী মনুংদা, কে=কনানা যোগবিত্তম=অথোইবা যোগীনো ? ॥ ১ ॥

অপূনবা অর্থ ঃ— অর্জ্জুনা হায়জখি—"মৎকর্ম্মকৃৎ" অসিনচি বনা মথক্তা হাবখিবগী মতৌ গুম্না মতম পুম্নমক্তা পূক্নীং থিংজিন্দুনা লৈরবা ভক্তশি অহুনা সাকার ওইবা ইবুংঙো নহাক্কী নীংথিনা উপাসনা তৌই অহুগা অতোপ্পা কাংবু অমনা ইন্দ্রিয়শিনা লোৌবা ঙমদবা নিরাকার ব্রহ্মগী মশক ওইবা ইবুংঙো নহাক্কী নীংথিনা উপাসনা তৌই। মতৌ অস্থুম্না উপাসনা তৌরিবা মখোয়শিং অহুগী মনুংদা কনানা অথোইবা যোগ খংবা ওইগনি ? ॥ ১ ॥

মতৌ অস্থুম্না অর্জ্জুনা হংলবদা পুম্নমকপু খংবিবিবা শ্রীভগবান কৃষ্ণনা অর্জ্জুনগীদমক সগুণ ব্রহ্মগী উপাসনা তৌবসি মতীক চায় নিগুণ ব্রহ্মগী উপাসনা তৌবদি মতীক চাদে খংহনা মাবু সগুণ ব্রহ্মগী উপাসনা তৌহনগে হায়বগীদমক যৌক্তিক সগুণ ব্রহ্মগী উপাসনাবু থাগত্ত না অস্থুম্না হায়রি—

শ্রীভগবানুবাচ

মষ্যাবেশ্যমনো যে মাং নিত্যযুক্তা উপাসতে।
শ্রদ্ধযা পরয়োপেতাস্তে মে যুক্ততমা মতা ॥ ২ ॥

অন্বয়ঃ—শ্রীভগবান উবাচ— যে ময়ি মন আবেশ্য নিত্যযুক্তা (সন্ত) পরয়া শ্রদ্ধয়া উপেতা মাং উপাসতে, তে যুক্তাতমা মে মতা।

অন্বয় ব্যাখ্যা — শ্রীভগবান উবাচ—শ্রীভগবান্না হায়রিখি— যে=ভক্ত ওইবা মীশিং অহুনা ময়ি=সগুণ ব্রহ্মগী মশক ওইবা পরমেশ্বর বাসুদেব কৃষ্ণ ঐংঙোন্দা, মন আবেশ্য=য়াম্না মুংশিনগা লোয়নবা পূক্নীং থিংজিন্দুনা নিত্যযুক্তা =কৃষ্ণ ঐগী পেন্নবগীদমক মতম পুম্নমক্তা কম্না হোৎনহুনা পরয়া শ্রদ্ধয়া উপেতা =খ্বায়দগী অথোইবা সত্ত্বগুণদগী ওইবা শ্রদ্ধা (থাজবা) গা লোয়নবা, মাং উপাসতে=যোগেশ্বর কৃষ্ণ ঐমক্তগী উপাসনা (ধ্যান) তৌহুনা লৈ তে—অহুগুম্না ভক্তশিং অহু, যুক্ততমা =খ্বায়দগী অথোইবা যোগীনি হায়বসি মে মতা —কৃষ্ণ ঐগী অরেপ্পা মততনি ॥ ২ ॥

অপুনবা অর্থ — শ্রীভগবান্না হায়বিখি— ভক্ত ওইবা মীশিং অহুনা সগুণ ব্রহ্মগী মশক ওইবা কৃষ্ণ ঐংঙোন্দা য়াম্না মুংশিনগা লোয়নবা পূক্নী থিংজিন্দুনা অমসুং কৃষ্ণ ঐগী পেন্নবগীদমক

মতম্‌ পুম্নমক্তা কনা হোংবহৌৰা থৱায়দগী অথোইবা সাত্ত্বিক শ্রদ্ধাগা লোয়নবা কৃষ্ণ ঐমক্তগী উপাসনা ( ধ্যান ) তৌহৌৰা নৈ, অদুগুম্বা মখোয়শিং অহ থৱায়দগী অথোইবা যোগীনি হায়বসি কৃষ্ণ ঐগী অৱেপ্পা মতনি ॥ ২ ॥

## অথুপ্পা বা

শ্লোক অসিদা হায়ৰিবা বা অসিমক তৰুকশুবা অধ্যায়গী অৱোইবদসু শ্রীভগবান্না হায়খি। উপাসনা তৌহৌৰা শ্রীভগবানগী ধ্যান তৌবসি— গুণ অমসুং মওং লৈবা শ্রীভগবানগী ধ্যান অদুগা গুণ অমসুং মওং লৈতবা পরব্রহ্মগী মশক ওইবা শ্রীভগবানগী ধ্যান খেন্নবদগী অমা থোক্লা খায়ৰি। গুণ অমসুং মওং লৈবা শ্রীভগবানগী ধ্যান ভক্তিযোগগী মনুং চল্লী অদুগা গুণ অমসু মওং লৈতবা পরব্রহ্মগী ধ্যান জ্ঞানযোগগী মনুং চল্লী। অমী অসিগী খেন্নবসু উপাসনা তৌৰিবা মীশিংগী মতীক চাবা চাদবা খেন্নবদগীনি। গুণ অমসুং মওং লৈতবা পরব্রহ্মগী ধ্যান তৌবসি মী খুদিংমক্কী য়াম্না লুনা অমসু ৱানা থোকই, জ্ঞানগী লম্বীদা চত্তুৰা গুণ অমসুং মওং লৈবা শ্রীভগবানগী ধ্যান তৌবা যাম্না অভ্যাস তৌৰবা মতুংদা গুণ অমসু মওং লৈতবা পরব্রহ্মগী ধ্যান তৌবা ঙম্মকই। গুণ অমসুং মওং লৈবা শ্রীভগবানগী ধ্যান তৌবসিবু সগুণ ধ্যান কৌই অদুগা গুণ অমসুং মওং লৈতবা শ্রীভগবানগী ধ্যানবুদি নিগুণ ধ্যান কৌই। জ্ঞানীশিংনা নিগুণ ধ্যান তৌই অদুগা সাকার ভগবানগী ভক্তশিংনা সগুণ ধ্যান তৌই। সগুণ ধ্যান তৌবসিবুদি মীপুম খুদিংমক্না খরা হোংবনৰগা য়াম্না লায়না তৌবা য়াই। মৰম অসিনা শ্রুতিনা অসুম্না হায়ৰি— সর্ব্বেষামপ্রি কাবিনাং ভক্তি যোগ এব প্রশস্যতে" ( ত্রি ম উ ৮।১)— "মতীক চাবা অমসুং মতীক চাদবা মী পুম্নমক্কীদমক ভক্তিযোগ অসি মোক্ষ ফংনবগী অথোইবা লম্বীনি।" অদুমক ওইহনসু শ্রীভগবান্নদি উদ্ধবগী মমদা অসুম্না হায়ৰি—

যোগসাস্ত্রাংযা ময়া প্রোক্তা নৃণাং শ্রেয়ো বিধিৎসযা।
জ্ঞানং কর্ম চ ভক্তিশ্চ নোপাযোঽন্যোঽস্তি কুত্রচিৎ॥
নির্বিন্নানাং জ্ঞানযোগো ন্যাসিনামিহ কর্মসু।
তেষ্বনিবির্ণ্ণচিত্তানাং কর্ম্মযোগস্তু কামিনাম্॥
যদৃচ্ছয়া মৎকথাদৌ জাতশ্রদ্ধস্তু যঃ পুমান্।
ন নির্বিণ্ণো নাতিসক্তো ভক্তিযোগঽস্য সিদ্ধিদ ॥

( ভাগ ১১।২ ।৬৮ )

"হে উদ্ধব! মীওইবশিংগী য়াইফনবগীদমক জ্ঞানযোগ, কর্ম্মযোগ অমসুং ভক্তিযোগ অহুম অসিবু কৃষ্ণ ঐনা বেদনচিংবা শাস্ত্র পুম্নমক্তা হায়ৰে। অহুম অসি নত্তবা মোক্ষ ফংনবা অতোপ্পা উপায় অমা লৈতে। কর্ম্মগী মহৈদা অপাম-মিহৌ থাদোক্লবা বেদ নচিংবা শাস্ত্রনা তৌ হায়না তাকপা কর্ম্মশিংবু থাদোক্লবা ( সংন্যাস লৌৰবা ) মীশিংগীদমক জ্ঞান যোগনি ( মখোয়

জ্ঞানযোগ তৌবদা মতীক চায় ), অদুগা কর্ম্ম তৌবদা বৈরাগ্য তৌদব অমত্তু কর্ম্মগী মহৈ পাম্বা মীশিংগীদমক কর্ম্মযোগনি। অতুগা হৌনশা ওইবা কৃষ্ণ ঐগী রারীনচি বদা শ্রদ্ধা হায়বদি য়াম্না থাজবা পুক্নীং চংবা পোক্লবা, বৈরাগ্যস্থ হাক্লা ( য়াম্না ) লৈতবা অমত্তু সংসারগী বীবয়শি দা পুক্নীংস্থ হাক্লা চঙদবা মীশিংগীদমক ভক্তি যোগসি সিদ্ধি পীনবা ওই ”

মতৌ অস্নুম্না শ্রীভগবাম্না হায়রিবা য়া অসিদগী ঐখোয়না মীংথিনা খঙবা ঙমই মতুদি বৈরাগ্যস্থ অতুক হাক্লা লৈতবা অমস্থং সংসারদস্থ অতুক হাক্লা পুক্নীং চঙদবা মীশিং ভক্তিযোগ তৌতুনা গুণ অ স্থ মওঙ লৈবা শ্রীভগবানগী উপাসনা তৌবদা মতীক চায়। গুণ মওঙ লৈতবা পরব্রহ্মগী উপাসনা তৌনবা জ্ঞানযোগ তৌবদা মতীক চাদে। অয় ঙ্গা মী খুদি মক্নী ওইবা ভক্তিযোগ য়াম্না কৈ হায়বসি শ্রীভগবানগী অরেপ্পা মতনি। মরম অসিনা অচম্বা মীপুম খুদিংমক্না ই ভগবানগী মফমদা মু শিবগী মশক ওইবা ভক্তিযোগ তৌনবা হোংনগদবনি। মতীক চাবা মী ওইরবদি জ্ঞানযোগ তৌনবা হো নগদবনি। জ্ঞানযোগ খ্বাযদগী হেন্না ফগনি অ বু মতীক চাদবা মীগীদমক মদু তৌদনবা শ্রীভগবান্না তাকপিবনি জ্ঞ নযোগ ফত্তে হায়বা বা নত্তে ॥ ২॥

মতৌ অস্নুম্না গুণ অমস্থং মওঙ লৈবা ( সাকার ) শ্রীভগবানগী উপাসকশিংগী মরমদা হায়রগা হৌজিক গুণ অমস্থং মওঙ লৈতবা ( নিরাকার ) পরব্রহ্মগী উপাসকশিংগী মরমদস্থ অস্নুম্না হাযরি—

যে ত্বক্ষরমনিদের্শ্যমব্যক্তং পর্য্যুপাসতে।
সর্ব্বত্রগমচিন্ত্যঞ্চ কূটস্থমচলং ধ্রুবম ॥ ৩॥
সংনিয়ম্যেন্দ্রিয়গ্রামং সর্ব্বত্র সমবুদ্ধয়ঃ।
তে প্রাপ্নুবন্তি মামেব সর্ব্বভূতহিতে রতা ॥ ৪॥

অন্বয় — যে তু সর্ব্বভূতহিতেরতা সর্ব্বত্র সমবুদ্ধয় ইন্দ্রিয়গ্রামং সংনিয়ম্য সর্ব্বত্রগম অচিন্ত্যং কূটস্থং অচলং ধ্রুবং অনির্দেশ্যম্ অব্যক্তং চ অক্ষরং পর্য্যুপাসতে, তে মাং এব প্রাপ্নুবন্তি।

অন্বয় ব্যাখ্যা :— যে তু — মখোয়শিং অতুনদি, সর্ব্বভূতহিতে রতা — থবায়পানবা পুম্নমক্কী কান্নবা থবক তৌবদা পুক্নীং চঙলিবা সর্ব্বত্র সমবুদ্ধয় = অচৎ চত্তা ভাইবঙ পুম্নমক্কী মফমদা অমত্তা ওইবা চপ মান্নবা বাখল থম্লিবা ওইতুনা ইন্দ্রিয়গ্রামং সংনিয়ম্য = মীৎ নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয় পুম্নমকপু লাকশিন্দুনা থম্নগা সর্ব্বত্রগং — মফম পুম্নমক্তা শীনখুংবা লৈবা, অচিন্ত্যং = পুক্নী না খন্না ঙমদবা, কূটস্থং — মায়াগী মশক ওইবা ভাইবঙপানসিগী চঙজফম ( ভুংনফম ) ওইনা লৈরিবা, অচলং — লেঙদবা, ধ্রুবং = মশক মওঙ ওন্থোক্তবা লৈবা, অনির্দেশ্যং — মসিনি

হায়না হায়দোকপা ঙমদবা ঙ=অমসুং অব্যক্ত=ফোঙদোকুনবা নৈবা অক্ষর=অমাং অতা লৈতবা পরব্রহ্মগী পর্য্যুপাসতে=ধ্যান তৌদুনা উপাসনা তৌই তে=অদুগুম্না মখোয়শি অদুনা মা এব=থাঙ্গশেংবা পরব্রহ্মগী মশক কৃষ্ণ ঐমক্তবু প্রাপ্নুবন্তি—য ই (কৈবল্য মোক্ষ ফংদুনা ব্রহ্মদা তিল্লী)॥ ৩৪॥

অপুনবা অর্থঃ— থরায়পানবা পুম্নমকী কান্নবা থবক তৌবদা পুক্নী চংলিবা অমসুং অচৎ চপ্তা তাইবঙ পুম্নমকী মফমদা অমত্তা ওইবা চপ মান্নবা রাখল থম্লিবা সাধকশিং অদুনদি মীৎ মাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয় পুম্নমকপু লাকশিন্দুনা থম্লগা মফম পুম্নমক্তা শীনথ্নবা নৈবা পুক্নী না লাম্না ঙমদবা মায়াগী মশক ওইবা তাইবংপান অসিগী তুংনফম ওইবা লেঙদনা লৈবা মশক মওঙ ওন্দোকুনবা লৈবা মসিনি হায়দোকপা ঙমদবা মরম অসিনা ফোঙদোকুনবা লৈবা অমসুং অমাং অতা লৈতবা পরব্রহ্মগী ধ্যান তৌদুনা উপাসনা তৌই, অদুগুম্না মখোয়শিং অদুনা থাঙ্গশেংবা পরব্রহ্মগী মশক ওইবা কৃষ্ণ ঐমক্তবু ফংই। ৩৪॥

## অথুপ্পা বা

গুণ অমসুং মওং লৈতবা পরব্রহ্মগী উপাসনা (পূজা তৌদুনা নীবা) তৌবসি অরায়বা নত্তে। মরম অসিনা গুণ অমসুং মওং লৈবা শ্রীভগবানগী উপাসনা তৌবসি খ্বাং পুম্নমকী মতীক চাবনি হায়বসিবু অহাম্নদা হায়ফ্রে। উপাধি (মাংগা শম্নবা পোৎপু অতোপ্পা অমা ওইনা উহনবা পোৎ) অমত্তা লৈতবা অশেংবা জ্ঞানগী মশক ওইবা পরব্রহ্মনি মহাক্তি নির্গুণ নিরাকারনি (গুণ অমসুং মওং লৈতবনি)। মহুদা থবক পুম্নমক তৌবা ঙম্নবগী শক্তি ওইবী মায়া উপাধি লাক্লবদি মহাক (পরব্রহ্ম) সগুণ অমসুং নিরকার ঈশ্বর ওই। মহাক (ঈশ্বর) সর্ব্বজ্ঞ (পুম্নমক খঙবা) সর্ব্বশক্তিমান (পুম্নমক তৌবা ঙম্বা) অমসুং সর্ব্বব্যাপক (পুম্নমক্তা শীনথ্নবা লৈবা ওই। অসিগুম্না ঈশ্বর অসিনা মাগী উপাধি মায়ানা মরম ওইদুনা অবতার নচিংবা লৌরবদি মহাক সগুণ অমসুং সাকার ওই। মতম অদুদা মাবু (ঈশ্বরবু) শ্রীভগবান অস্নুম্না হায়রিবা অদুমসিবু অশেংবা জ্ঞানগী মীৎয়েংদা য়েংলবদি মখোয়গী মনুংদা কয়মত্তা খেন্নদে তত্ত্ব হায়। অমত্তা ওইনা লৈ। মরম অসিনা শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণদা অস্নুম্না হায়রি—

বদন্তি তৎতত্ত্ববিদস্তত্ত্বং যজ্জ্ঞানমদ্বয়ম্।
ব্রহ্মেতি পরমাত্মেতি ভগবানিতি শব্দ্যতে॥

(ভাগ ১।২।১১)

"তত্ত্ববু মীংখিনা খঙবা জ্ঞানীশিংনা অনীগুবা পোৎ অমত্তা লৈতবা অশেংবা জ্ঞানবু তত্ত্বনি অস্নুম্না হায়। অদুগুম্না অশেংবা তত্ত্ব অদুমক্তবু ব্রহ্ম পরমাত্মা (ঈশ্বর) অমসুং ভগবান অস্নুম্না হায়।"

মসিদা ভক্ত ওইবা মীশিংনা গুণ অমস্তু, মঙাঃ লৈবা শ্রীভগবানগী উপাসনা তৌদুনা'ক্যান তৌরবদি মখোয়না তৌবদা থেন্নবা অহুগী মতু, ইমা সালোক্য ( ভগবানগা ) লোয়নবা লোক অমত্তদা লৈবা সামিপ্য ( ভগবানগী নাক্ত লৈবা ), সরূপ্য ( ভগবানগী রূপকা চপ মান্নবা রূপ লৌদুনা লৈবা ) অমসুং সাযুজ্য ( ভগবানদা তিন্দুনা লৈবা ) মোক্ষ মরিসিগী মনু দা মোক্ষ অমা ফংই। গুণ লৈবা অমসুং মঙও লৈতবা ঈশ্বরগী উপাসনা তৌদুনা ধ্যান তৌরবদি মী অহু। ক্রমমুক্তি ( শিরবা মতু দা ব্রহ্মলোকতা চত্নবা লৈরগা পরব্রহ্মদদ তিনবা মোক্ষবু ) ফংই। অহুগা গুণ অমসুং মঙও লৈতবা অশেংবা জ্ঞানগী মশক ব্রহ্মগী উপাসনা তৌদুনা ধ্যান তৌরবদি মী অহুবা জ্ঞানী ওইদুনা কৈবল্য মোক্ষ ( হিংনা হিংনা মুক্ত ওইদুনা লৈরগা শিধমক্তদা ব্রহ্মদা তিনবগী মশক ওইবা মোক্ষ ) ফংই। মসি থাহদগী অখোইবনি। মসিগী মরমদা শ্রুতিনা অসুম্না হায়রি— "ব্রহ্ম বেদ ব্রহ্মৈব ভবতি ( মু উ ৩।২।৯ )— ব্রহ্মবু এমক্তি হায়না খঙবা মী ( জ্ঞানী ) ব্রহ্মমক ওই।' ব্রহ্মৈব সন্ ব্রহ্মাপ্যেতি ( বৃ উ ৪।৪।৬ )— হিংনা হিংনা ব্রহ্মমক ওইদুনা লৈরগা ব্রহ্মদা তিন্নী।" মরম অসিনা গীতাদসু শ্রীভগবান্না অসুম্না হায়রি— "জ্ঞানীত্বাত্মৈব মে মতম্" ( গীতা ৭। ৮ )— "জ্ঞানী দ কৃষ্ণ এগী আত্মামক্তি হায়বসি অহেক্না মতনি।"

মতৌ অসুম্না হায়রিবা নিগু। অমসুং নিরাকার ব্রহ্মগী উপাসনা অ সবু অহংগ্রহ উপাসনা হায়না কৌই। মরমদি মসিদা "অহং ব্রহ্মাস্মি" ( ঐ ব্রহ্মমক্তি ) হায়না মী অনা ধ্যান তৌই। মতৌ অসুম্না মী থিনা ধ্যান তৌরবদা ব্রহ্মসাক্ষাৎকার ওইদুনা উপাসক মহুনা মশামকপু ব্রহ্মান হায়বসি খঙই। মসিগী মরমদা শ্রুতিনা অসুম্না হায়রি –

দেহো দেবালয়ঃ প্রোক্তঃ স জীব কেবল শিব।
ত্যজেদজ্ঞাননির্মাল্যং সোঽহং ভাবেন পুজয়েৎ॥
অভেদদর্শনং জ্ঞানং ধ্যানং নির্বিষয়ং মনঃ।
স্নানং মনোমলত্যাগঃ শৌচমিন্দ্রিয় নিগ্রহ॥

( মৈত্রেয় উ ২।১২ )

"হকচাং সি লাইশংনি হায়, মহুদা জীব অসি অমীতবা লৈতবা শিব ( ব্রহ্ম ) গী মশক ওইব লাইনি। মহুদা হাম্না কংলন্না অজ্ঞানগী ( মশাগী মশক খঙদবগী ) মশক ওইবা নির্মাল্যবু থাদোক দবনি অহুগা মহাক ঐমক্তি ( ব্রহ্মমক্তি ) হায়না পূজা তৌগদবনি। ব্রহ্ম অমসুং ঐ অসিদ থেন্নদনা খঙবসি জ্ঞান নী পুক্নিংদা সংসারগী বিষয় লাকহন্দবসিনা ধ্যান নী, পুক্নিংগী অমোংপ লৌথোকপসি স্নান নী ( ঈরুজবনি ), অমসুং ইন্দ্রিয়বু লাকশিনবসি হকচাং শেংদোকপনি।"

অস্থুম্না হায়রিবা উপাসনা অসি মী খুদিংমক্না তৌবা ঙমদে। মরম অসিনা নিগুণ অমসুং নিরাকার ব্রহ্মগী উপাসনা তৌবদা মতীক চায়—চাদে হায়বসিদি উপাসক মশামক্না লেপক-দবনি। মতীক চায় খণ্ডলবতদা ব্রহ্মগী উপাসনা তৌনবা হোংনগদবনি নত্রবদি সগুণ সাকার ভগবানগী উপাসনা তৌদুনা জীবন (পুক্নীবু) মহুয় য়াননবা হোংনগদবনি॥৩৪॥

সগুণ সাকার ভগবানগী উপাসনা তৌবদগী নিগুণ নিরাকার ব্রহ্মগী উপাসনা তৌবসি যাম্না লুনা অমসুং, রানা থোকই হায়বসিবু অস্থুম্না তাক্লি—

ক্লেশোঽধিকতরস্তেষামব্যক্তাসক্তচেতসাম্।
অব্যক্তা হি গতির্দুঃখং দেহবদ্ভিরবাপ্যতে ॥৫॥

**অন্বয়**ঃ— অব্যক্তাসক্তচেতসা তেষা ক্লেশ অধিকতর হি অব্যক্তাগতি দেহবদ্ভি দুঃখং অবাপ্যতে।

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — অব্যক্তাসক্তচেতসা =নিগুণ নিরাকার ব্রহ্মগী ধ্যান তৌবদা পুক্নীং চঙদুনা লৈরিবা, তেষা =মখোয়শিং অদুগী ক্লেশ =কন্না নোম্বদগী ফংবা অরাবদু অধিকতর — (সগুণ সাকার ভগবানগী ধ্যান তৌনবা নোম্বদগী ফংবা অরাবা অদুদগী) য়াম্না হেল্লী হি=মসিগী মরমদি, অব্যক্তাগতি=নিগুণ নিরাকার ব্রহ্মবু ফংবগী মশক ওইবা মহৈ দেহবদ্ভি =হকচাংদা ঐনি হায়না খল্লিবা মীশিংনা দুঃখ =যাম্না রানা অবাপ্যতে—ফংবা ঙমই॥৫।

**অপূনবা অর্থ** — নিগুণ নিরাকার ব্রহ্মগী ধ্যান তৌবদা পুক্নীং চঙদুনা লৈরিবা মখোয়শিং অদুগী কন্না নোম্বদগী ফংবা অরাবদু সগুণ সাকার ভগবানগী ধ্যান তৌনবা নোম্বদগী (হোংনবদগী) ফংবা অরাবা অদুদগী য়াম্না হেল্লী। মরমদি নিগুণ নিরাকার ব্রহ্মবু ফংবগী মশক ওইবা মহৈ, হকচাংদা ঐনি হায়না খল্লিবা মীশিংনা ফংবদা য়াম্না রানা থোকই॥৫।

অথপ্পা বা

গুণ অমসুং মওঙ লৈবা (সগুণ সাকার) ভগবানবু ফংগে হায়বগীদমক ইবুঙো মাবু নীং-ঙরিবা মীশিংনসু মখোয়না তৌরিবা উপাসনা অদুগী মপূ ফাইন্নবগীদমক স সারগী বিষয়শিংদগী ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশিন্দুনা পুক্নীবু ফাজিন্দুনা থম্না ইবুঙো মাগী পেন্নবা মতম পুম্নমক্তা অফবা থবক তৌবা অসিনচিংবা তৌনবা হোংনবদা অরাবা য়াম্না ফংই মদু নত্রবদি ইবুঙো মাবু ফংবা ঙম্লোই। মতৌ অস্থুম্না মওঙ লৈবা ভগবানগী উপাসনা তৌবসিসু অরায়বা নত্তে পুক্নীং চপ য়ুংনা কন্না হোংনরবতদা ইবুঙো মাবু ফংবা ঙমগদবনি। অদুবু নিগুণ নিরাকার ব্রহ্মগী উপাসনা তৌবদদি মসিদগীসু য়াম্না হেন্না কন্না হোংনবা মরম্না অরাবনসু য়াম্না হেন্না ফংই। মরমদি হকচাংবু ঐনি হায়না খল্লুনা লৈবা সাধক ওইবা মীশিংনসু সাকার ভগবানগী উপাসনা তৌবদা থোইনা কায়দে অদুগা নিরাকার ব্রহ্মগী উপাসনা তৌবদি "ঐ ব্রহ্মনক্নি" হায়না ধ্যান তৌগদবা মরম্না

হকচাংদগী অতোপ্পা কত্তা ( অতৌবা ) অমসু ভোক্তা ( অচাবা ) নত্তবা অমসুং সংসারগী অরা মুংঙাই ফংদবা আত্মাগী অশেংবা মশকপু হান্না নীংথিনা খঙহনবা "ঐ হকচাংনি" খঙবসি (খনবসি) থাদোকপা ভাই নত্রবদি ব্রহ্মগী উপাসনা তৌবা য়াবোই। হকচাংবু ঐনি হায়না নাপল তৌবা থাদোকপসি অরায়বা য়া নত্তে। আত্মাবু নীংথিনা খঙহনবা পুক্নীং তপথবগা লোয়ননা মতম পুম্নমক্তা হন্না হন্না বিচার তৌহনবা হেংৎনবরবতদা নাপল অহু থাদোকপা ঙমগদবনি। মরম অসিনা সাকার ভগবানগী উপাসনা তৌবদগী নিরাকার ব্রহ্মগী উপাসনা তৌবনা য়াম্না হেন্না অরাবা ওই হায়বনি। মসিগী মরমদা শ্রুতিনসু অসুম্না হায়রি— "উত্তিষ্ঠত জাগ্রত প্রাপ্যবরান্নিবোধত। ক্ষুরস্যধারা নিশিতা দুরত্যয়া দুর্গং পথস্তৎ কবয়ো বদন্তি॥ ( কঠ উ ১।৩।১৪ )— "আত্মতত্ত্ববু খঙনীংবা হে সাধক পুম্নমক! হৌগংলো অজ্ঞানগী মশক ওইবা তুম্বদগী নমীং পাংথোক্লো, খঙঙমদ্রবা আত্মতত্ত্বসিবু অথোইবা জ্ঞানীশিংগী মনাক্তা চত্তুনা খঙনবা হোৎনরো। ( য়াম্না ফেঙহনবা ) থৌরবা ক্ষুরগী মচীন্দা (ময়াদা) খোঙনা চংঙমদবগী মতৌগুম্না আত্মতত্ত্ব খংনবা লম্বীসিসু য়াম্না বল্লী ( লুই ) হায়না অখঙবা জ্ঞানীশিংনা হায়" ॥ ৫ ॥

মতৌ অসুম্না নিরাকার ব্রহ্মগী উপাসনা য়াম্না হেন্না রাবসিবু হায়রগা হৌজিক সাকার ভগবানগী উপাসনাদগীসু ইবুঙো মাবু ফংবা ঙমই হায়বসি শ্লোক অনীনা তাক্লি—

যে তু সর্ব্বাণি কর্ম্মাণি ময়ি সংন্যস্য মৎপরা।
অনন্যেনৈব যোগেন মাংধ্যায়ন্ত উপাসতে ॥ ৬।
তেষামহং সমুদ্ধর্ত্তা মৃত্যুসংসার সাগরাৎ।
ভবামি ন চিরাৎ পার্থ ময্যাবেশিত চেতসাম্ ॥ ৭ ॥

অন্বয়ঃ— যে তু সর্ব্বাণি কর্ম্মাণি ময়ি সংন্যস্য মৎপরা অনন্যেন এব যোগেন মাং ধ্যায়ন্ত উপাসতে হে পার্থ! ময়ি আবেশিত চেতসাং তেষাং অহং মৃত্যু সংসার সাগরাৎ ন চিরাৎ সমুদ্ধর্ত্তা ভবামি।

অন্বয় ব্যাখ্যাঃ— যে তু=মওঙ তৈতবা ব্রহ্মগী উপাসক নত্তবা হায়বদি সাকার উপাসক ভক্তশিংহনদি, সর্ব্বাণি কর্ম্মাণি=শাস্ত্রনা তৌ হায়না তাকপা থবক পুম্নমকপু, ময়ি=( সাকার ) পরমেশ্বর বাসুদেব ঐঙোন্দা, সংন্যস্য=কথোক্লগা, মৎপরা=ভগবান বাসুদেব ঐমক্তবু মথোয়গী ( ভক্তশিং অহুগী ) অথোইবা পেন্নবগী মশক্তি লেপ্তুনা, অনন্যেন এব যোগেন=বাসুদেব ঐ নত্তবা অতোপ্পা অমদা পুক্নীং চঙদবগী মশক ওইবা উপায়না, মাং=ভগবান বাসুদেব ঐহাকপু (নত্রগা) অবতার লৌহনা লৈথিবা রাম, নরসিংহ, বরাহ, ( বিষ্ণুনচিংবগী মরক্তা অপাম্বা নীংনীংবা অমবু ), ধ্যায়ন্ত উপাসতে=ধ্যান তৌহনবা উপাসনা তৌই, পার্থ=হে অর্জুন। মতৌ অসুম্না—ময়ি=কৃষ্ণ ঐঙোন্দা, আবেশিত চেতসাং=পুক্নীং থিংজিন্দুনা লৈরিবা, তেষাং=মথোয়শিং অহুবু, অহং=কৃষ্ণ

ঐনা, মৃত্যুসংসার সাগরাৎ=শোয়দনা শিবা নাইনা লৈরিবা সংসার সমুদ্র অসিদগী ন চিরাৎ=থৌন্দনমক, সমুদ্ধর্ত্তা ভবামি—লান্থোকহনবিবা ওই ॥ ৬ ৭ ।

**অপুনবা অর্থ :—** নিরাকার ব্রহ্মগী উপাসক নত্তবা ভক্তশিংহুনদি থবক পুম্নমকপু বাসুদেব ঐঙোন্দা কথোক্লগা কৃষ্ণ ঐমক্তবু মখোয়গী অথোইবা পেন্নবগী মশক্তি লেপ্তুনা কৃষ্ণ ঐ নত্তবা অতোপ্পা অমদা পুক্নীং চঙদবগী মশক ওইবা উপায়না বাসুদেব ঐহাকপু ধ্যান তৌদুনা উপাসনা তৌহুনা লৈ। হে **অর্জুন** ! মতৌ অসুম্না কৃষ্ণ ঐঙোন্দা পুক্নীং থিংজিন্দুনা লৈরিবা মখোয়শিংহুবু, শিবা নাইবা সংসার সমুদ্রসিদগী থৌন্দনমক কৃষ্ণ ঐনা লান্থোকহনবি হ য়বসি শোয়দবনি ॥৬ ৭॥

অথুপ্পা ৱা

হকচাংবু ঐনি হায়না থঙহনা "ঐ ঙৌই" "ঐ মুই" "ঐ ৱাংই" "ঐ নেম্মী" "ঐ কল্লী" "ঐ শোল্লী" অসিনচিংবা থন্দুনা লৈরগা আত্মা করিনো ? মাগী মশক করম ঙৌই ? অসি নচিংবগী রাথল অমত্তু বিচার করিমগু তৌদ্রবসু য়াম্না থাজবগা লোয়ননা থবক পুম্নমক ঈশ্বর মঙোন্দা কথোক্তুনা ইবুংঙো মাগী পেন্নবতা তৌহুনা লৈবা ভক্তশিং অহুগী পুক্নীংদা সংসার থাদোক্নীংবা রাথল পোক্লকই মহুদ নত্তনা ইবুংঙো মাগী অশেংবা মশক থঙনবা জ্ঞানসু মখোয়শিংদা ওইরকই। মরম অসিনা শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণদসু অসুম্না হায়রি—

বাসুদেবে ভগবতি ভক্তিযোগঃ প্রযোজিতঃ।
জনয়ত্যাশু বৈরাগ্যং জ্ঞানং চ যদহৈতুকম্ ॥
(ভাগ ।২।৭)

"শ্রীভগবান বাসুদেবদা তৌরিবা ভক্তিযোগসি সংসার ফংনবগী মরম ওইদবা বৈরাগ্য অমসুং জ্ঞানবু য়াম্না থুনা পোকহল্লী।'

মতৌ অসুম্না ভক্তশিং অহুগী পুক্নীংদা জ্ঞান অমসুং বৈরাগ্য পোক্লবদা ভগবান নত্তবা অতোপ্পা পোং অমদা কদোংঙৈদসু পুক্নীং চঙবা তৌদনা ইবুংঙো মাগী ধ্যান তৌহুনা উপাসনা তৌহুনা লৈ। অসিগুম্বা ভক্তশিং অসি শিরবা তুংদা শোয়দনা ইবুংঙো মাবু ফংই। মসিবুসু কপিল ভগবান্না অসুম্না হায়রি—

বিসৃজ্য সর্ব্বানন্যাংশ্চ মামেবং বিশ্বতোমুখম্ ॥
ভজন্ত্যনন্যযা ভক্ত্যা তান্ম ত্যোবতিপারযে ॥
(ভাগ ৩।২৫।৪ )

"অতোপ্পা পুম্নমকপু থাদোক্তুনা ভক্ত ওইবা মীশিং অহুনা বিশ্বরূপ ওইহুনা মায়কৈ পুম্নমক্তা লৈবা ভগবান ঐগী অনী লোঙদবা ভক্তি তৌহুনা লৈ, অহুগুম্বা মখোয়শিংহুবু শিবদগী ( পোকপা শিবা নাইবা সংসারসিদগী ) ঐনা লান্থোকহল্লী।"

অহুবু হায়রিবা বাসিস্তু অরায়বা নত্তে মী খুদিংমক্লা তৌবা ওমদে। হৌখিবা মপোক কযামুক্তা তৌখিবা অফবা পুণ্যশিংনা মরম ওইহুনা মপোক অসিদা ইবুংঙো মাবুতা নীংজহুনা লৈরবা অমসুং অতোপ্পা থবক অমা তৌবদা পূক্নীং চঙরবা ভক্তশিংদনা ইবুংঙো মাবু ফংবা ঙমগদবনি। মরম অসিনা মসিগী মরমদসু অস্মুম্না হায়রি—

মর্ত্ত্যো যদা ত্যক্তসমস্ত কর্ম্মা
নিবেদিতাত্মা বিচিকীর্ষিতো মে।
তদাঽমৃতত্বং প্রতিপদ্যমানো
ময়াত্মভূয়ায় চ কল্পতে বৈ॥
(ভাগ ১১।২৯।৩৪)

"মী অহুনা অতোপ্পা থবক পুম্নমকপু থাদোকুনা কৃষ্ণ ঐঙোন্দা মশাবু কথোকুনা লৈরগা কৃষ্ণ ঐগীদমক থবক পুম্নমক তৌহুনা লৈবা পামই। মতম অহুদা মহাক মোক্ষগী মশক ওইবা অমর পদবু ফংহুনা কৃষ্ণ ঐঙোন্দা তিন্দুনা লৈবা মতীক চায়"॥ ৬৭॥

মতৌ অস্মুম্না সগুণ সাকার ভগবানগী উপাসনাবু থাগত্তুনা হায়রগা হৌজিক মতীক চাবা ভক্ত মতীক চাদবা ভক্ত খেন্নবগী মতুংইন্না সাধনশিংগী খেন্নববু অস্মুম্না তাকপা হৌই—

ময্যেব মন আধৎস্ব ময়ি বুদ্ধিং নিবেশয়।
নিবসিষ্যসি ময্যেব অত উর্দ্ধং ন সংশয় ॥৮॥

অন্বয — ময়ি এব মন আধৎস্ব ময়ি (এব) বুদ্ধি নিবেশয় অত উর্দ্ধ ময়ি নিবসিষ্যসি ন সংশয়।

অন্বয ব্যাখ্যা — ময়ি এব=সগুণ সাকার পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐঙোম্নক্তদা মন আধৎস্ব—পূক্নীং থিংজিন্নু ময়ি (এব)= কৃষ্ণ ঐঙোম্নক্তদা, বুদ্ধিং নিবেশয়=অয়েপ্পা নাখল চঙহন্দুনা থমউ (মতৌ অস্মুম্না তৌরবদি) অত উর্দ্ধং=শিরবগী মতুংদা ময়ি এব=পরব্রহ্মগী মশক ওইবা কৃষ্ণ ঐঙোম্নক্তদা নিবসিষ্যসি= তিন্দুনা লৈগনি ন সংশয় =মসিদা চিংনফম থোক্তে॥৮॥

অপুনবা অর্থ — পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐঙোম্নক্তদা অয়েপ্পা নাখল চঙহন্দুনা থমউ, মতৌ অস্মুম্না তৌরবদি শিরবা মতুংদা পরব্রহ্মগী মশক ওইবা কৃষ্ণ ঐঙোম্নক্তদা তিন্দুনা লৈগনি, মসিদা করিমত্তা চিংনফম থোক্তে।৮॥

অথুপ্পা বা

মওং অমসুং গুণ লৈবা (সাকার সগুণ) ভগবানগী করিগুম্বা মূর্ত্তি অমদা মন অমসুং বুদ্ধিবু স সারগী বিষয়শিংদগী চিংথোক্লগা লেঙদনা থম্না ঙম্নবা হোংনগদবনি। মূর্ত্তিদু শ্রীভগবান কৃষ্ণগীসু ওইসনু নত্রগা শ্রীরামগীসু ওইসনু নীংনীংবা ভগবানগী মূর্ত্তি অমগী ফোটো অমা মাঙদা থম্লগা

মথুদা মীংয়েং অমত্ত ওইনা য়েংথুনা মননু বিষয়শিংদগী লাকশিন্দুনা থমগদবনি। মতৌ অদুগুম্না নতম থরনদং লৈরগা মাওদা থম্লিবা মূর্ত্তিদুবু থম্মোয়দা পুশিল্লকুনা থম্লগা মীং উইশিল্লগা ইবুংঙো মাগী মীংথিরবা মূর্ত্তিদুবু মীংথুনা লৈননা হোংনগদবনি। মথুদা অতোপ্পা বিষয় অমা লাক্রবদি মদুবু ধ্যান কৌই। মনদা সংসারগী বিষয়শিংবু লাকহনদবসি মোক্ষ ফংনবা (ভগবান ফংনবা) খ্বায়দগী অথোইবা উপায়নি। মসিবু অস্তুম্না হায়রি—

মন এব মনুষ্যাণাং কারণং বন্ধ মোক্ষয়োঃ।
বন্ধায় বিষয়াসক্তং মুক্ত্যৈ নির্বিষয়ং স্মৃতম্॥
(ব্র বি উং ২)

"মীওইবগী সংসারদা পুন্দুনা লৈননা অমস্তুং মোক্ষ ওইনবগী মরম মন (পুক্নীং) অসি নক্লি। সংসারগী বিষয়শিংদা চঙথুনা লৈবা মন (পুক্নীং) পুন্নবা মরম ওই অদুগা সংসারগী বিষয়শি বু থাদোকুনা শ্রীভগবান্দা চঙশিল্লিবা মন (পুক্নীং) মোক্ষ ফংনবা মরম ওই॥'

মরম অসিনা শ্রীভগবানন্তু উদ্ধবকী মফমদা অস্তুম্না হায়—

তস্মাৎ সর্ব্বাত্মনা তাত নিগৃহাণ মনো ধিয়া।
ময্যাবেশিতয়া যুক্ত এতাবান্ যোগ সংগ্রহ॥
(ভাগ ১১।২৩।৬১)

'হে উদ্ধব! মন সিমকুনা পুন্নবা অমস্তুং মোক্ষ ফংনবা মরম ওইবদগী মহাক্না কৃষ্ণ ঐঙোন্দা অরেপ্পা বাখল থমথুনা মনবু লাকশিন্নবা হোংনৌ মসি যোগগী অথোইবা থোম জিনবনি ॥৮॥

মতৌ অস্তুম্না ধ্যান তৌবা ঙমদবা মীগীদমক অতোপ্পা উপায় অমা শ্রীভগবান্না অস্তুম্না তাক্লি—

অথ চিত্তং সমাধাতুং ন শক্নোসি ময়ি স্থিরম্।
অভ্যাস যোগেন ততো মামিচ্ছাপ্তুং ধনঞ্জয় ॥৯॥

**অন্বয় :—** ধনঞ্জয়! অথ ময়ি চিত্তং স্থিরং সমাধাতুং ন শক্নোসি তত অভ্যাসযোগেন মাং আপ্তুং ইচ্ছ।

**অন্বয় ব্যাখ্যা :—** ধনঞ্জয়=হে অর্জ্জুন! অথ=অদুগা করিগুম্বা ময়ি=বাসুদেব কৃষ্ণ ঐঙোন্দ, চিত্তং=পুক্নীংবু, স্থিরং=লেঙদনা সমাধাতুং=ধ্যান তৌথুনা থম্বা, ন শক্নোসি=ঙম্মোইদবা, তত=থোক্রবদি, অভ্যাসযোগেন=ধ্যান তৌববু হন্না হন্না হোংনবগী মশক ওইবা যোগনা মরম ওইথুনা, মাং=কৃষ্ণ ঐবু, আপ্তুং ইচ্ছ—ফংননবা হোংনবা পামউ ॥৯॥

**অপুনবা অর্থ :**— হে অর্জ্জুন। অদুগা করিগুম্বা কৃষ্ণ ঐগী পুক্নীংবু লেংঅনা থমদুনা ধ্যান তৌবা ঙম্মোইদবা থোক্লবদি ধ্যান তৌববু হন্না হন্না হোংনবগী মশক ওইবা যোগনা (অভ্যাস যোগনা) মরম ওইদুনা কৃষ্ণ ঐবু ফংনবা হোংনবা পাময়ু ॥ ৯ ॥

অথপ্পা বা

অভ্যাস কদায়বু কৌই হায়বদু যোগদর্শনদা অস্নুম্না হায়রি— "তত্র স্থিতৌ যত্নোঽভ্যাসঃ" (যোদ ১।১৩)— "মনবু ফাজিন্নুনা থম্না অদুদা লৈতানবগীদমক হন্না হন্না হোংনবা অভ্যাসনি।" মসিবু মতৌ করম্না হোংনগদগে হায়বদুবু শ্রীভগবান্না উদ্ধবকী মকমদা অস্নুম্না হায়রি—

তৎসর্ব্বব্যাপকং চিত্তমাকৃষ্যৈকত্র ধারয়েৎ।
নান্যানি চিন্তয়েদ ভূয় সুস্মিতং ভাবয়েৎ মুখম্ ॥
(ভাগ ১১।১৪।৪৩)

"মাংলৈক পুম্নমক্তা শন্দোক্লনা (চাইথোক্লনা) লৈরিবা মনবু (পুক্নীংবু) চিংশিন্নুনা (ফাজিনদুনা) করিগুম্বা মফম অমদা (ভগবানগী ফোটোগুম্বা অমদা) লেংদনা থমগদবনি। মদুগী মতুংদা অতৈ অতোপ্পা পোংশিংগী রাখল অমত্তা তৌদনা থম্মোয়দা কৃষ্ণ ঐগী নীংথিজরবা মোমোর মোকপা মায়থো বু ধ্যান তৌগদবনি।"

মতৌ অস্নুম্না তৌবা ধ্যান অদু মরক মরক্তা কায়বা থোক্লনম্নু পুক্নীং লাকশিন্নুনা চনা হন্না হোংনদুনা লৈগদবনি। মস্নুম্না তৌবরতদা তপ্না তপ্না মতম কুইনা ধ্যান তৌবা ঙম্লকনি ॥ ৯ ॥

অভ্যাস যোগনা ধ্যান তৌদুনা শ্রীভগবানবু ফংনা ঙমদবা মীশিংগীদমক অতোপ্পা উপায় অমা অস্নুম্না তাক্লি—

অভ্যাসেঽপ্যসমর্থোঽসি মৎকর্ম্ম পরমো ভব।
মদর্থমপি কর্ম্মাণি কুর্ব্বন্সিদ্ধিমবাপ্স্যসি ॥ ১ ॥

**অন্বয় :**— অভ্যাসে অপি অসমর্থ অসি, মৎকর্ম্মপরম ভব মদর্থম কর্ম্মাণি কুর্ব্বন অপি সিদ্ধিম অবাপ্স্যসি।

**অন্বয় ব্যাখ্যা :**— অভ্যাসে অপি=গুণ অমসু মওঙ লৈবা পরমেশ্বর (সগুণ সাকার ভগবান) কৃষ্ণগী ধ্যান তৌগে হায়দুনা হন্না হন্না হোংনবা অদুবুসু অসমর্থ অসি=নংনা করিগুম্বা ঙমদবা থোক্লবদি ম কর্ম্মপরম ভব=কৃষ্ণ ঐগী পেন্নবগীদমক্তা ঐগী মরমদা লীবা রারী রাতার তাবা (শ্রবণ তৌবা), কীর্ত্তন তৌবা অসিনচিংবা থবক পুম্নমকপু পুক্নীং চংনা মথৌ ওইনা তৌদুনা লৈয়ু, মদর্থং=মতৌ অস্নুম্না কৃষ্ণ ঐগী পেন্নবগীদমক কর্ম্মাণি কুর্ব্বান্ অপি= শ্রবণ কীর্ত্তন পূজা জপ নচিংবা থবক পুম্নমকপু তৌদুনা লৈরবসু সিদ্ধিং অবাপ্স্যসি=মোক্ষগী মশক ওইবা সিদ্ধিবু ফংবা ঙমগনি। ১০।

**অপুনবা অর্থ** — কৃষ্ণ ঐগী ধ্যান তৌগে হায়দুনা হন্না-হন্না হোৎনবা ( অভ্যাস তৌবা ) অদুবুম্ন ম,না কহিগুম্বা তৌবা ঙমদবা থোক্লবদি কৃষ্ণ ঐগী পেন্নবগীদমক ঐগী মরমদা হায়বা ( লীবা ) রারী রাতায় তাবা, কীর্ত্তন তৌবা অসিনচিংবা থবক পুম্নমকপু পুক্নী, চঙবা তৌদুনা লৈয়ু মতৌ অম্মুম্না কৃষ্ণ ঐগী পেন্নবগীদমক শ্রবন ( রারী তাবা ), কীর্ত্তন পূজা জপ নচি,বা থবক পুম্নমকপু তৌদুনা লৈরবম্ন মোক্ষগী মশক ওইবা সিদ্ধি ফ,গনি। ১ ॥

অথুম্না বা

শ্রীকৃষ্ণগী ধ্যান তৌববু হন্না হন্না হোৎনবগী মশক ওইবা অভ্যাসযোগ য়ে,বদা য়াম্না লায়না উরবম্ন স,সারগী থবকশি,দা অহি মু খিশ নাইদনা পুক্নী থি,জিন্দুনা লৈরিবা মীশি,গীদমক যাম্না লুনা অমম্মু, রানা থোকই। মতম খজিক্ত, ফাওবম্ন শ্রীভগবান্দা মখোয়না পুক্নী, থি, জিন্দুনা ধ্যান তৌবা ঙমদে, ধ্যান তৌগে হাযনা ফম্মমক্তদা মথল মথা অয়াম্বা স,সারগী রাখল লাক্নুনা মত্তদা পুক্নী, চঙদুনা লৈ। মরম অসিনা অভ্যাসযোগ অসিবুম্ন তৌবা ঙমদবা থোক্লবদি স,সারগী থবক তৌবদগী মতম কাইথোক্তুনা অহাঙবা মতম অদুদা শ্রীভগবানগী মরমদা লীবা রারী তাবা, কীর্ত্তন পূজা জপ নচি বা থবকশি তৌবদা পুক্নী চঙনা মথৌ ওইনা তৌনবা শোয়দনা হোৎনগদবনি। মত্তদগী শ্রীভগবানগী অথোইবা ভক্তিবু ফ দুনা শ্রীভগবানবু ফ,বা ঙমগদবনি। মসিবু ভগবান শ্রীকৃষ্ণ মশামক্না মনাই উদ্ধবকী মফমদা অম্মুম্না হায়রি—

শ্রদ্ধালুর্মে কথাঃ শৃণ্বন্ সুভদ্রা লোকপাবনীঃ।
গায়ন্ননুস্মরন্ কর্ম্ম জন্ম চাভিনয়ন্ মুহুঃ॥
মদর্থে ধর্ম্মকামার্থানাচরন্মদপাশ্রয়ঃ।
লভতে নিশ্চলাং ভক্তিং ময্যুদ্ধব সনাতনে॥

( ভাগ ১১।১১।২৩ ২৪ )

‘হে উদ্ধব। য়াম্না শ্রদ্ধা থম্মগা ( থাজবগা ) লোয়ননা মী অদুনা লোকশি,বু শে,হনবা ঙম্বা অমম্মু, য়াইফবা পীহৈবা, ঐ রীশি,বু তাদুনা, কৃষ্ণ ঐগী মক্তুবা মপোক অমম্মু, থবকশি,বু শক্নুনা ( কীর্ত্তন তৌদুনা ), নী,শি,জদুনা ( মনন তৌদুনা ) অমম্মু, অভিনয় ( মতৌ তমদুনা নাটক লীলা নচি,বা শাদুনা ) অদুগা কৃষ্ণ ঐগী পেন্নবগীদমক ধর্ম্ম অর্থ ( শেল তানবা ) কাম ( মচা ফ,ননবগীদমক য়ুম পাননবা ) মসি পুম্নমকসি তৌদুনা অমম্মু, কৃষ্ণ ঐডোন্দা চঙজদুনা লৈরগা সনাতন ওইবা কৃষ্ণ ঐগী লেঙদবা অথোইবা ভক্তিদু ফ,ই ॥১।

শ্রবণ কীর্ত্তন নচি,নবু নী,খিনা তৌবা ঙমদবা মীশি,গীদমক অতোপ্পা উপায় অমবু অম্মুম্না তাক্লি—

অথৈতদপ্যশক্তোঽসি কর্ত্তুং মদ্যোগমাশ্রিতঃ।
সর্ব্বকর্ম্মফলত্যাগং ততঃ কুরু যতাত্মবান্॥ ১১॥

**অন্বয়ঃ—** অথ এতৎ অপি কর্ত্তুং অশক্ত অসি তত মদযোগং আশ্রিত যতাত্মবান সর্ব্বকর্ম্ম ফল ত্যাগং কুরু।

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — অথ=অদুগা অত, অপি=মথক্তা হায়খিবা শ্রবণ কীর্ত্তন অসিবচিংবনুস্ত, কর্ত্তুং=তৌবদা, অশক্ত=মহাক্কা ঙম্লোইদবা, তত=অদু ওইরবদি মদযোগং আশ্রিত= শাস্ত্রবা তৌ তাকপা থবক অমস্তং হৌবশা ওইবা তৌরিবা থবক পুম্নমকপু কৃষ্ণ ঐংঙোন্দা কথোকপগী মশক ওইবা যোগ তৌবদা চঙজদুবা লৈরগা যতাত্মবান—মপানথোংগী মীৎবচি বা ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশিন্দুবা থম্বা ওইদুবা, সর্ব্বকর্ম্মফল ত্যাগং কুরু=থবক পুম্নমক্কী মহৈ থাদোকপদ তৌ ॥ ১১ ॥

**অপুনবা অর্থ**— অদুগা মথক্তা হায়খিবা শ্রবণ কীর্ত্তনচিংবা অসিবুসু মহাক্কা তৌবা ঙমদ্রবদি শাস্ত্রবা তৌ হায়বা তাকপা থবক অমস্তং হৌবশা ওইবা তৌরিবা থবক পুম্নমকপু কৃষ্ণ ঐংঙোন্দা কথোকপগী মশক ওইবা যোগ তৌবদা চঙজদুবা লৈরগা মপান্থোংগী মীৎবচি বা ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশিন্দুবা থম্বা ওইরগা থবক পুম্নমক্কী মহৈ থাদোকপদ তৌ ॥ ১১ ॥

অথুপ্পা বা

হকচাংদা ঐনি হায়বা থম্বা, তৌরিবা থবকশিংদা ঐ অতৌবনি ( কর্ত্তানি ) হায়বা খঙবা অদুগা অতৌবনি হায়বা খঙবা মরমদগী তৌরিবা থবকশিংগী মহৈ চাবসু ( ভোক্তাসু ) ঐনি হায়বা পেপ্পা অহংনসিনা মরম ওইদুবা মীওইবশিংবা সংসারসিদা পুন্দুবা লৈরিবনি। হকচাংদা ঐনি খঙবা অমস্তং থবকশিংগী অতৌবনি খঙবা অবী অসিবু অহান্নদা থাদোকপা ঙমদ্রবসু তৌরিবা থবকশিং অদুগী মহৈ পাম্বা লৈতবা থবকশিং অদুবু শ্রীভগবান্দা কথোকপা ঙম্নবদি পুক্নীং শেংদোকখিদুবা অহান্নদা হকচাংবু ঐনি হায়বা বাপল তৌরম্বদু অমস্তং তৌরিবা থবকশিংগী অতৌবসু ঐনি হায়বা খঙলম্বা অদু য়াম্না লায়বা থাদোকপা ঙমগনি। মরম অসিনা শ্লোকসিদা শ্রীভগবান্না, তৌরিবা থবক পুম্নমকপু ইবুংঙো মঙোন্দা কথোক্লগা থবকশিংদুগী মহৈবুসু থাদোক্লবা হোংবৌ হায়বা তাকপনি। মসিমকপু শ্রীভগবান্না উদ্ধবকী মফমদসু অসুম্না হায়রি—

যদ্যনীশো ধারয়িতুং মনো ব্রহ্মণি নিশ্চলম্।
ময়ি সর্ব্বাণি কর্ম্মাণি নিরপেক্ষঃ সমাচর।

( ভাগ ১১।১১।২২ )

"হে উদ্ধব! মহাক পরব্রহ্মদা লেপ্তনা থম্না চমদবা থোরবদি মতাক্তা মতৈগী অপাম্বা থাদোক্তুনা থবক পুম্নমক কৃষ্ণ ঐগীদমক তৌহুনা লৈয়ু।"

মতৌ অসুম্না ইবুংঙো মাগীদমক থবকশিংঙু তৌবদা পুক্নীংদা অশুম্বা খন্দুনা লৈগদবনি। 'থবকশিংসিবু তৌহুনা মহে চাবদা ঐগী অধিকারী কবিমত্ত লৈতে তৌরিবা পুম্নমক ইবুংঙো মাগীদমক্তি।" অহুম্না তৌরবদি পুক্নীং শেংদোক্লকুনা থুনমক হকচা দা ঐনি হায়না খল্লম্না অহুগা থবকশিংগী অতৌবনি খঙলম্না অদু থাদোকখিহুনা ঈবুংঙো মাবু ফ বা চমংনি॥ ১১॥

শ্রীভগবানবু ফংনবা উপায়শিং, মথং মথং তাক্লকপা অসিদা মহে পামদনা তৌরিবা থবক পুম্নমকপু শ্রীভগবান্দা কখোকপা অসি অরোইবা পাওতাক্তি মসিদগী হেন্দোকপা উপায় অমা লেত্রে মরম অসিনা থবক্কী মহে থাদোকপা অসিবু থাগত্তুনা অসুম্না হায়রি—

শ্রেয়ো হি জ্ঞানমভ্যাসাজ্জ্ঞানাদ্ ধ্যানংবিশিষ্যতে।
ধ্যানাৎ কর্ম্মফলত্যাগস্ত্যাগাচ্ছান্তিরনন্তরম্॥ ১২॥

অন্বয়ঃ— অভ্যাসাৎ জ্ঞানং হি শ্রেয় জ্ঞানাৎ ধ্যানং বিশিষ্যতে ধ্যানাৎ কর্ম্মফলত্যাগ ত্যাগাৎ অনন্তর শান্তি।

অন্বয় ব্যাখ্যাঃ— অভ্যাসাৎ—আত্মতত্ত্বগী অশেংবা জ্ঞান য়াওদবা শ্রবণ কীর্ত্তনগী তন্না ম্না হোৎনবা অহুদগী জ্ঞান =আত্মতত্ত্বগী অশেংবা জ্ঞান হি=শোয়দনমক শ্রেয় =অথোইবনি জ্ঞানাৎ=অসিগুম্বা আত্মতত্ত্বগী অশেংবা জ্ঞানসিদগীসু ধ্যানং বিশিষ্যতে=আত্মতত্ত্বহুবু শংশঙনা খঙগে হোৎনহুনা তৌরিবা ধ্যান্না থোইদোকপনি ধ্যানাৎ=পুক্নী শেংদনা হোৎনরিবা ধ্যানদগী কর্ম্মফলত্যাগ (বিশিষ্যতে)=পুক্নীং শেংনবগীদমক শ্রীভগবান্দা কখোক্তুনা থবকশিংহুগী মহে থাদোকপসি হেন্না ফৈ ত্যাগাৎ=থবকশিংগী মহে পামদবা অহুদগী, অনন্তর =থৌন্দনমক, শান্তি =পরমাত্মাদা তিনবগী মশক ওইবা মোক্ষ ফংই॥ ১২॥

অপুনবা অর্থ — আত্মতত্ত্বগী অশেংবা জ্ঞান য়াওদবা শ্রবণ কীর্ত্তনগী হন্না তন্না হোৎনবা অহুদগী আত্মতত্ত্বগী অশেংবা জ্ঞাননা অথোইবনি আত্মতত্ত্বগী অশেংবা জ্ঞানসিদগীসু আত্মতত্ত্বহুবু শংশঙনা খঙগে হোৎনহুনা তৌরিবা ধ্যাননা অথোইবনি পুক্নীং শেংদনা তৌরিবা ধ্যানদগী পুক্নীং শেংনবগীদমক শ্রীভগবান্দ পুম্নমক কখোক্তুনা তৌরিবা থবকশিংহুগী মহে পামদবহুনা হেন্না ফৈ অহুগা থবকশিংহুগী মহে পামদবা অহুদগী থৌন্দনমক পরমাত্মাদা তিনবগী মশক ওইবা মোক্ষ ফংই। ১২।

অথুপ্পা বা

হকচাংনচিংবদগী ইত্তোপ-তোপ্পা আত্মতত্ত্বগী অশেংবা মশক্তি সংসারগী অরা নুংঙাই লৈতবা, অকর্ত্তা (অতৌবা নত্তবা) অমসুং অভোক্তা (অচাবা নত্তবা) পরব্রহ্মগী মশকমক্তি। মসিবু

খণ্ডবা অদুগা হকচাতবু ঐরি খন্দুনা লৈবা অজ্ঞানীনা শ্রবণ কীর্ত্তন তৌববু হন্না হন্না হোৎনদুনা লৈ। অস্নুম্না হোৎনবগী মশক ওইবা অভ্যাস অসিদগী আত্মগী অশেংবা মশক চিননা লৈতনা খণ্ডবসি হেন্না কৈ। আত্মাবু চিংনবা লৈতনা খণ্ডবগী মশক ওইবা জ্ঞান অসিবু পরোক্ষ অমসুং অপরোক্ষ হায়না খেন্নবদগী অনীথোক্লা খায়রি। আত্মাগী অশেংবা মশক অদু বেদান্তবু তম্বা তাবা অমসুং গুরুগী কৃপাদগী খঙলবমু শংশঙবা ওইনা খঙত্রবদি মদুবু আত্মাগী পরোক্ষ জ্ঞান কৌই অদুগা শংশঙনা খঙলবা মতমদা মদুবু অপরোক্ষ জ্ঞান কৌই অহান্বদা হায়খিবা অভ্যাসদগী হেন্না ফবা আত্মাগী জ্ঞানসি শংশঙনা খঙদবা জ্ঞাননী। মরম অসিনা আত্মাগী শংশঙনা খঙদবগী মশক ওইবা পরোক্ষ জ্ঞানদগী শংশঙনা খঙবগী মশক ওইবা অপরোক্ষ জ্ঞান ফংনবা উপায় ধ্যান না হেন্না কৈ হায়বনি। অদুবু পুক্নী শেংদনা কন্নাগুম্বা অমত্তনা অপরোক্ষ জ্ঞান ফংনবা ধ্যান তৌবা ঙমদে হন্না হন্না হোৎনরবসু পুক্নীং চোইদুনা লৈ। মরম অসিনা পুক্নী শেংনবা শ্রীভগবানগী মফমদা থবক পূম্নমক কথোক্লুনা থবকশিং অদুগী মহৈ পামদনা লৈননবা অহান্বদা কন্না হোৎনগদবনি। মতৌ অদুম্না লৈবা ঙম্নবদি য়াম্না থুনা আত্মাগী অপরোক্ষ জ্ঞান ফংবা ঙমগনি। মরম অসিনা ধ্যানদগী থবকশিংগী মহৈ থাদোকপনা থোইদোক্লা কৈ হায়গনি। পুক্নী শেংদোকখিদুনা অশেংবা পুক্নীং অদুদা আত্মতত্ত্বগী অশেংবা জ্ঞানদু অপরোক্ষ ওইনা ফোঙদোক্লবদি থীন্দনমক পরব্রহ্মগী মশক ওইবা মোক্ষবু মী অদুনা ফংই। মরম অসিনা শ্রুতিনা হায়রি—

যদা সর্ব্বে প্রমুচ্যন্তে কামা যেঽস্য হৃদি শ্রিতাঃ।
অথ মর্ত্ত্যোঽমৃতো ভবত্যত্র ব্রহ্ম সমশ্নুতে॥

(কঠ উ ২।৩।১৪)

মী অদুগী হৃদয়দা (থম্মোয়দা) লৈবা অপাম্বা পুম্নমক লৈখিদবা মতম অদুমক্তদ পোকপা শিবা নাইবা লৈরম্বা মী অদু অমৃত (অপোক অশি লৈতবা) ওই অদুগা মহাক হিং হিংনমক ব্রহ্ম ওইদুনা লৈ ॥ ১২ ॥

হৌজিক শ্রীভগবানগী অথোই অথোইবা মুংশিফম ওইবা ভক্ত কনা কনানো হায়বদুবু অধ্যায় সিগী অরোইবা ফাওবদা মথং মথং অস্নুম্না হায়রি—

অদ্বেষ্টা সর্ব্বভূতানাং মৈত্রঃ করুণ এব চ।
নির্ম্মমো নিরহংকারঃ সমদুঃখসুখঃ ক্ষমী ॥১৩॥

সংতুষ্টঃ সততং যোগী যতাত্মা দৃঢ়নিশ্চয়ঃ।
ময্যর্পিত মনোবুদ্ধির্যো মদ্ভক্তঃ স মে প্রিয়ঃ ॥১৪॥

**অন্বয :—** য মদ্ভক্ত সর্ব্বভূতানা৲ অদ্বেষ্টা, মৈত্র করুণ এব চ, নির্ম্মম নিরহং৲কার সমদু খসুখ , ক্ষমী, সততং সংতুষ্ট , যোগী, যতাত্মা, দৃঢনিশ্চয় ময়ি অর্পিত মনোবুদ্ধি, স মে প্রিয় ॥

**অন্বয ব্যাখ্যা —** য মদ্ভক্ত =কৃষ্ণ ঐগী ভক্ত অহ, সর্ব্বভূতানা৲=থরায়পাননা পুম্নমক্কী মকমদা, অদ্বেষ্টা—য়েং থিনবা লৈতবা ( মশাগী অরাবগী মরম ওইরবসু কনাগুম্বা অমগী ফত্তবনা তৌদবা ), মৈত্র =পুম্নমক্কা লোয়নবা মরূপকী লমচং চংপা, করুণ এব চ- অমসু অরা অনা তারবশিংগী মকমদা থোজাল হৈবা, নির্ম্মম =হকচাং নচিংবা করিগুম্বা পোং অমদা ঐগীনি হায়বা রাখল লৈতবা, নিরহং৲কার =মশাগী অরৈবা অথোইবা ( অকবা ) পোংশিংগী নাপল তৌদবা, সমদু খসুখ —অরাবদা য়ে থিনদনা অমসু, নুংঙাইবা মতমদা পাম্বা তৌদবা অনীমক্কা চপ মান্নবা লৈবা, ক্ষমী=অরাননা তৌবা মীশিংগী মকমদা ঙাকপিহৈবা, সততং সংতুষ্ট — অকং কংদা পোংশিংদা মতম পুম্নমক্কা পেন্দুনা লৈবা যোগী=মনবু ( পুক্নীংবু ) লেঙদনা ফাজিন্দুনা থম্বা, যতাত্মা—হকচাং অমসু ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশিন্দুনা থম্বা, দৃঢনিশ্চয় =আত্মাতত্ত্ব অমসুং শ্রীভগবাননগী মকমদা চেংনা থাজহনা লৈরবা ময়ি অর্পিত মনোবুদ্ধি —বাসুদেব কৃষ্ণ ঐঙোন্দা মন অমসুং বুদ্ধিবু কথোক্লুনা থম্নবা, স —অদুগুম্বা মহাক অহ, মে প্রিয় =কৃষ্ণ ঐগী নুংশিবা ভক্তনি ॥ ১৩ ১৪ ॥

**অপুনবা অর্থ —** ভক্ত অহনা থরায়পাববা পুম্নমক্কী মকমদা য়েংথিননা লৈতবা পুম্নমক্ক লোয়ননা মরূপকী লমচং চংপা অরা অনা তারবশিংগী মকমদা থোজাল হৈবা, করিগুম্বা পোং অমদা ঐগীনি হায়বা রাখল লৈতবা মশাগী লৈজবা অথোইবা ( অকবা ) পোংশিংদা নাপল তৌদবা, অরাবদা য়েংথিনদনা অদুগা নুংঙাইবদা মিহৌদনা অনীমক্ক চপ মান্নবা লৈবা অরাননা তৌবশিংগী মকমদা ঙাকশিহৈবা, অকংকংদ পোংশিংদা মতম পুম্নমক্কা পেন্দুনা লৈবা, মনবু ফাজিন্দুনা লেঙদনা থম্বা, হকচাং অমসুং ইন্দ্রিয়শি বু লাকশিন্দুনা থম্বা আত্মতত্ত্ব অমসুং শ্রীভগবাননগী মকমদা চেংনা থাজহনা লৈবা, বাসুদেব কৃষ্ণ ঐঙোন্দা মন অমসুং বুদ্ধিবু কথোক্লুনা থম্নবা অদুগুম্বা মহাক অহ কৃষ্ণ ঐগী নুংশিবা ভক্তনি ॥ ১৩ ১৪ ॥

যস্মান্নোদ্বিজতে লোকো লোকান্নোদ্বিজতে চ য ।
হর্ষামর্ষভযোদ্বেগৈর্ম্মুক্তো যঃ স চ মে প্রিয়. ॥ ১৫ ॥

**অন্বয় :—** যস্মাৎ লোক উদ্বিজতে, য চ লোকাৎ উদ্বিজতে, য চ হর্ষমর্ষভয়োদ্বেগৈ মুক্ত স মে প্রিয় ।

**অন্বয় ব্যাখ্যা :—** যস্মাৎ=ভক্ত ওইবা মী অদুদগী লোক =কনাগুম্বা মী অমত্তনা, ন উদ্বিজতে = থোইরাঙ থোইশাউবা তৌদে, য চ=অমসুং ভক্ত ওইবা মী অহুসু, লোকাৎ=

করাগুম্বা মী অমত্তদগী, য উদ্বিজতে=খোইরাও খোইশাউবা তৌদে য চ=অহুগা ভক্ত ওইবা মী অহ, হর্ষামর্ষভয়োদ্বেগৈ =অপাম্বা পোৎ ফংলগা হরাওবা অতোপ্পগী চাওখৎপা উরগা খাঙবা ঙমদবা, কৈ নচিংবা শা উরগা কিবা অমসুং অচীকপদা মতোমদা করম্না লৈগনি অসিনচিংবা পুম্নমক্তগী মুক্ত =তোঙান্না লৈরবা, স = অহুগুম্বা ভক্ত অহ, মে প্রিয় =কৃষ্ণ ঐগী নুংশিবা ভক্তনি । ১৫ ।

**অপুনবা অর্থ**:— ভক্ত ওইবা মী অহুদগী করাগুম্বা মী অমত্তনা খোয়রাও খোইশাউবা তৌদে অমসু ভক্ত ওইবা মী অহুসু করাগুম্বা মী অমত্তদগী খোইরাও খোইশাউবা তৌদে অহুগা ভক্ত ওইবা মী অহ অপাম্বা পোৎ ফংলগা হরাউবা ( হর্ষ ) অতোপ্পগী চাওখৎপা উরগা খাঙবা ঙমদবা (অমর্ষ) অচীকপদা কৈ নচিংবা শা উরগা কিবা (ভয়) অমসুং অশাঙবা মকমদা ( অচীকপা মী লৈতবা মকমদা ) মতোমদা করম্না লৈগনি অসিনচিংবা খন্দনা পক্কীং লাঙতক্লবা ( উদ্বেগ ) অসিগুম্বশিং লৈতবা অহুগুম্বা মী অহ কৃষ্ণ ঐগী নুংশিবা ভক্তনি ॥ ১৫ ॥

অনপেক্ষ শুচির্দক্ষ উদাসীনো গতব্যথ ।
সর্ব্বারম্ভপরিত্যাগী যো মদ্ভক্ত স মে প্রিয় ॥ ১৬ ॥

**অন্বয়**.— য মদ্ভক্ত অনপেক্ষ শুচি দক্ষ উদাসীন গতব্যথ সর্ব্বারম্ভপরিত্যাগী স মে প্রিয় ।

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — য মদ্ভক্ত =কৃষ্ণ ঐগী ভক্ত ওইবা মী অহ অনপেক্ষ অতোপ্পা মীনা ফংবা পাম্বা পোৎশিংবু লায়না ফংলবসু মহুবু শীজিন্নবা পামদবা শুচি =মনুং মপাল অনীমক শেংনা লৈবা ( পুক্কীং অমসুং হকচাং শেংনা লৈবা ) দক্ষ =য়াম্না হৈ শিংবা ( খঙগদবা অমসু তৌগদবা অরুবা থবকশিং লাক্লবা মতম অহুমক্তদা মহুবু খঙবা অমসু তৌবা ঙম্বা ), উদাসীন = মক্লপ মপাং অমসুং য়েক্লবশিংগী মনুংদা মীচঙ মীথায় নাইদবা গতব্যথ =অতোপ্পনা পীবা অনা অনাবু অনা অনানি হায়না খন্দ্রবা, সর্ব্বারম্ভ পরিত্যাগী=ইহলোক অমসুং পরলোকগীদমক ( হিংলি ঙৈগী অমসুং শিরবা মতুংগীদমক ) মহৈ পামহনা করিগুম্বা থবক অমত্তা তৌদ্রবা ( সংন্যাসী ওইরবা ), স =অহুগুম্বা মহাক অহ, মে প্রিয় —কৃষ্ণ ঐগী নুংশিবা ভক্তনি ॥ ১৬ ॥

**অপুনবা অর্থ**:— কৃষ্ণ ঐগী ভক্ত ওইবা মী অহুদি অতোপ্পা মীনা ফংবা পাম্বা পোৎশিংবু ইন্নায় লায়না ফংলবসু মহুবু শীজিন্নবা পামদবা, হকচাং মনু মপাল অনীমক শেংনা লৈবা য়াম্না হৈ শিংবা, মক্লপ মপাং য়েক্লবশিংগী মনুংদা মীচঙ-মীথায় নাইদবা অতোপ্পনা পীবা অনা অনাবু অনা অনানি হায়না খন্দবা, হৌজিক্কী অমসুং শিরবা তুংগী মহৈ পামহনা করিগুম্বা থবক অমত্তা তৌদবা অহুগুম্বা মহাক অহ কৃষ্ণ ঐগী নুংশিবা ভক্তনি ॥ ১৬ ॥

যো ন হৃষ্যতি ন দ্বেষ্টি ন শোচতি ন কাংক্ষতি।
শুভাশুভপরিত্যাগী ভক্তিমান্ যঃ স মে প্রিয়ঃ ॥ ১৭ ॥

**অন্বয় ঃ—** য ন হৃষ্যতি, ন দ্বেষ্টি, ন শোচতি, ন কাংক্ষতি শুভাশুভপরিত্যাগী য ভক্তিমান্ স মে প্রিয় ।

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—** য =মী অদুনা ন হৃষ্যতি—অপাম্বা পোং ফংবদা হরাওদে ন দ্বেষ্টি পামদবা পোং ফংবদা য়েংথিদে, ন শোচতি=মুংশিবা কারনবদা পুক্নী শোক্তে ন কাংক্ষতি—ফ ত্রিবা অপাম্বা পোংকী মরমদা খোরাংবা তৌদে, শুভাশুভপরিত্যাগী—মুংচাইবা অমসুং অরাবগী মরম ওইবা থবক পুম্নমক থাদোক্লগা, য ভক্তিমান=ভক্তি তৌদুনা লৈবা, স —অদুগুম্বা ভক্ত অদু, মে=কৃষ্ণ ঐগী প্রিয় —মুংশিবা ভক্তনি ॥ ১৭ ॥

**অপুনবা অর্থ ঃ—** মী অদুনা অপাম্বা পোং ফংবদা হরাওদে, পামদবা পোং ফংবদসু য়েংথিদে হায়বদি মুংচাইতবা তৌদে মুংশিবা পোং কারনবদা পুক্নী শোকপা তৌদে ফংত্রিবা অপাম্বা পোংকী মরমদা খোরাংবা তৌদে মতৌ অসুম্না মুংচাইবা অমসুং অরাবগী মরম ওইবা থবক পুম্নমকপু থাদোক্লবা ভক্তি তৌদুনা লৈ, অদুগুম্বা মী মহাক অদু কৃষ্ণ ঐগী মুংশিবা ভক্তনি ॥১৭॥

সমঃ শত্রৌ চ মিত্রেচ তথা মানাপমানযো।
শীতোষ্ণসুখদুঃখেষু সমঃ সঙ্গবিবর্জিত ॥ ১৮ ॥
তুল্যনিন্দাস্তুতির্মৌনী সংতুষ্টো যেন কেনচিৎ।
অনিকেতঃ স্থিরমতির্ভক্তিমান্ মে প্রিয়ো নর ॥ ১৯ ॥

**অন্বয় —** শত্রৌ চ মিত্রে চ সম তথা মানাপমানযো ( সম ) শীতোষ্ণসুখদুঃখেষু সম সঙ্গবিবর্জিত তুল্যনিন্দাস্তুতি মৌনী, যেন কেনচিৎ সন্তুষ্ট অনিকেত স্থিরমতি ভক্তিমান্ নর মে প্রিয় ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—** শত্রৌ চ=য়েক্লবদসু মিত্রে চ=মরূপতসু সম—চপ মান্নবা য়েংলবা তথা—মতৌ অদুম্না মানাপমনয়ো ( সম )=ঈকাইখুম্নবা অমসুং ঈকাইখুম্নদবা অনীমক্ত চপ মান্নবা খল্লবা শীতোষ্ণসুখদুঃখেষু—অঙ্গং অশাদা অমসুং অরা মুংচাইদা সম—চপ মান্নবা উরবা সঙ্গবিবর্জিত =অপাম মিহৌ করিমক্ত লৈত্রবা তুল্যনিন্দাস্তুতি = চৈথাংবদা অমসুং থাগৎপদা অমত্ত ওইনা খল্লবা, মৌনী=রা ডাওদনা তুমীন্না লৈবা, যেন কেনচিৎ সন্তুষ্ট =করিগুম্বা অফংবা পোংনা পেন্সুনা লৈবা, অনিকেত =লৈননবা অবেপ্পা য়ুম লৈতবা, স্থিরমতি =থায়দগী অথোইবা তত্ত্বনা মীংথিনা খঙুনা মদুদা বুদ্ধি লৈতানা লৈরবা, ভক্তিমান নর =ভক্তি লবা মী অদু, মে প্রিয় =কৃষ্ণ ঐগী মুংশিবা ভক্তনি ॥ ১৮-১৯ ॥

**অপুনবা অর্থ ঃ—**য়েক্লবা অমসুং মরূপ থিদনা চপ মান্নবা য়েংলবা, মতৌ অদুম্না ঈকাই খুম্নবা ঈকাই খুম্নদবা অনীমক্তসু চপ মান্নবা খল্লবা, অঙ্গং অশা অমসুং অরা মুংচাইদা চপ মান্নবা উরবা,

অপাম মিহৌ করিমত্ত লৈরবা, চৈ থা,বদা অমস্তুং থাগংপদা অমত্ত ওইবা মাম্না খল্লবা, র ইভাঙ ভাংদনা তুমীন্না লৈবা করিগুম্বা অফ,বা অহুতদা পেন্দুনা লৈবা লৈমনবা অরেপ্পা যুম লৈতবা, থাইদগী অথোইবা তন্ত্রবু নীংথিনা খঙহনা মহদা বুদ্ধি লৈতানা লৈরবা অমস্তু ভক্তি লৈরবা মী অহ্ কৃষ্ণ ঐগী অশে,বা নু,শিবা ভক্তনি ॥ ১৮ ১৯ ॥

শ্লোক ১৩ গুবদগী হৌহনা ১৯ গুবা শ্লোক ফাওবদা তন্ত্রক্রামী ওইবা অথোইবী ভক্তশি,গী মওঙ মতৌশি, হায়খিবসিবু মোক্ষ ফ,বা পাম্বা অতোপ্পশি,বস্তু য়াম্না চোকশিন্না, ফ,বা ওমুবা হোংনগদবনি হায়বা অসি,ু অধ্যায়গী অরোইবদা অস্তুম্না তাক্লি—

যে তু ধর্ম্ম্যামৃতমিদং যথোক্তং পর্য্যুপাসতে।
শ্রদ্দধানা মৎপরমা ভক্তাস্তেঽতীব মে প্রিয়াঃ॥ ২ ॥
ইতি শ্রীমদ্ভগবদ্গীতাসূপনিষৎসু ব্রহ্মবিদ্যায়াং
যোগশাস্ত্রে শ্রীকৃষ্ণার্জ্জুন সংবাদে
ভক্তিযোগোনাম দ্বাদশোঽধ্যায়ঃ ॥ ২০ ॥

অন্বয়ঃ— যে তু ভক্তা শ্রদ্দধানা মৎপরমা যথোক্ত, ইদ, ধর্ম্ম্যামৃত পর্য্যুপাসতে, তে অতীব মে প্রিয়া।

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— যে তু ভক্তা =মোক্ষবু পাম্বা ভক্ত ওইবা মথোয়শি, অহুনা শ্রদ্দধানা =য়াম্না থাজবগা লোয়নবা, মৎপরমা =বাসুদেব ভগবান ঐমক্তবু মথোয়গী ফ,কম ওইবনি হায়বা চঙজহনা লৈরগা যথোক্ত,=‘অদ্বেষ্টা সর্ব্ব ভূতানাম’ অসিনচি,বা মথক্তী শ্লোকশিনা হায়খিবা ইদ, ধর্ম্ম্যামৃত =ধর্ম্মগী মশক ওইবা অমৃত অসিবু হায়বদি মোক্ষগী সাধন অসিবু পর্য্যপাসতে=য়াম্না চোকশিন্না হো,নহনা সাধন তৌহনা লৈ, তে=অহুগুম্বা মথোয়শি, অহ্, অতীব মে প্রিয় =কৃষ্ণ ঐগী য়াম্না নু শিন্নবা ভক্তশি,নি ॥২ ।

অপুনবা অর্থ ঃ— মোক্ষবু পাম্বা ভক্ত ওইবা মথোয়শিং অহুনা য়াম্না থাজবগা লোয়নন বাসুদেব ভগবান ঐমক্তবু মথোয়গী ফ,নকম ওইনা চঙজহনা লৈরগা ("অদ্বেষ্টা সর্ব্বভূতানাম্"— "থরায়পানবা পুমমক্তী মফমদা য়ে,থিবা তৌরবা )" অসিনচি,বা শ্লোকশি,না হায়খিবা ধর্ম্মগী মশ ওইবা অমৃতসিবু ( মোক্ষগী সাধনসিবু ) য়াম্না চোকশিন্না হোংনহনা অভ্যাস তৌহনা লৈ, অহুগুম মথোয়শি অহ্ কৃষ্ণ ঐগী য়াম্না নু,শিন্নবা ভক্তশি,নি ॥ ২ ॥

মতৌ অস্তুম্না শ্রীভগবান্না শকপা উপনিষৎশি,দা ব্রহ্মবিদ্যাগী মশক ওইবা
যোগশাস্ত্রগী মনু,দা অর্জ্জুন অমস্তু শ্রীকৃষ্ণগী রাহ, পাঙখুম ওইবা
ভাংনবদা "ভক্তিযোগ" কৌবা তরানিথোইগুবা অধ্যায়গী
স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিনা ইবা অ,ুপ্পা রাগা
লোয়নবা অন্বয় ব্যাখ্যা লোইরে। ১২।

— ওঁ —



# শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতা

( অথ ত্রয়োদশোঽধ্যায়ঃ )

## তরাহুমদোইশুবা অধ্যায়

আত্মস্বরূপায় ভগবতে কৃষ্ণায় নমঃ ॥

শ্রীমদ্ভগবদগীতাগী অধ্যায় ১৩ শুবদগী ১৮ শুবা ফাওবা অধ্যায় ৬ সি জ্ঞানকাণ্ডনি। অধ্যায় ৬ সিদা মরুওইবা জীব অমসুং ব্রহ্ম অমত্তনি, অশেংবা মশক্তা খেন্নবা লৈতে, ব্যবহার চংনবদা খেননা উরি থঙলিবসিদি মায়া অমসুং অন্ত করণ ( মন ) ওইবা উপাধিগী খেন্নবদগী তৌবনি হায়বসি তাক্লনি। মতুদা ১৩ শুবা অধ্যায়সিগী মমিংদি "ক্ষেত্র ক্ষেত্রজ্ঞবিভাগ যোগ" হায়বদি ক্ষেত্র অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞ খাইদোকপা যোগ কৌই। অধ্যায় অসিদা জড ( অচঙবা নত্তবা অশিবা ) প্রকৃতি অমসুং চেতন (অচঙবা অহিংবা) আত্মা অনীসিবু খেন্নবা তাক্লগা আত্মা অমসুং ব্রহ্ম অমত্তনি হায়গনি। মতুদসু অহান্নদা ইন্দ্রিয় হকচাংনচিংবা অসিদগী জীবাত্মা অতোপ্পনি হায়বসিবু শ্রীভগবান্না অস্থুম্না তাকপা হৌই—

### শ্রীভগবানুবাচ

ইদং শরীরং কৌন্তেয় ক্ষেত্রমিত্যভিধীয়তে।
এতদ যো বেত্তি তং প্রাহুঃ ক্ষেত্রজ্ঞ ইতি তদ্বিদঃ ॥ ১ ॥

অন্বয়ঃ— শ্রীভগবান উবাচ কৌন্তেয়। ইদং শরীরং ক্ষেত্রম ইতি অভিধীয়তে, য এতদ বেত্তি তং ক্ষেত্রজ্ঞ ইতি তদ্বিদ প্রাহু ॥ ১ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা:— শ্রীভগবান উবাচ=শ্রীভগবান্না হায়বিখি— কৌন্তেয়—কুন্তীগী মচা হে অর্জুন! ইদং—(মীংনা) শংশঙবা উরিবা, শরীরং=ইন্দ্রিয়শিং অমসুং অন্ত করণগা (মনগা)লোয়নবা হকচাংসিবু, ক্ষেত্রং ইতি=ক্ষেত্র ( লৌবুক ) অস্থুম্না, অভিধীয়তে—কৌনৈ য—মহাক অহূনা, এতং—ক্ষেত্র কৌবা হকচাংসিবু, বেত্তি—ঐনি অমসুং ঐগীনি হায়না খঙই তং—মতৌ অস্থুম্না খঙবা মহাক অহূবু, ক্ষেত্রজ্ঞ ইতি—ক্ষেত্রজ্ঞ ( ক্ষেত্র কৌবা হকচাংবু খঙবা ) অস্থুম্না, তদ্বিদ =

ক্ষেত্র ( হকচাং অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞবু হকচাংবু খঙবা জীবত্মাবু ) নীংথিনা খঙবা তত্ত্বজ্ঞানীশিংনা প্রাহু =হায় ॥ ।

অপুনবা অর্থ — শ্রীভগবান্না হায়রিবি— কুন্তীগী মচা হে অর্জুন। ( মীংনা ) শংশওনা উরিবা ইন্দ্রিয়শিং অমসুং অন্তকরণগা ( মনগা ) লোয়নবা হকচাংসিবু ক্ষেত্র ( লৌবুক ) অসুম্না কৌনৈ, অদুগা মহাক অদুনা ক্ষেত্র কৌবা হকচাংসিবু এনি অমসুং ঐগীনি অসুম্না খঙই মহাক অদুবু ক্ষেত্রজ্ঞ ( ক্ষেত্র কৌবা হকচাংবু খঙবা ) অসুম্না ক্ষেত্র অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞবু নীংথিনা খঙবা খঙবা জ্ঞানীশিংনা হায ॥ ১ ॥

## অখুপ্পা বা

ক্ষেত্রগী অশেংবা অর্থদি লৌবুক্নি। লৌ উবা মীনা লৌবুক্তা মখল মখা অযাম্বা মরূশিং হুল্লগা মহুদগী পোক্লকপা মহৈ মরোংশিংবু চায়। মতৌ অদুম্না লৌবুক্কী মশক ওইবা হকচাংসিদা জীবাত্মানা মখল-মখা অযাম্বা পাপ পুণ্য কর্ম্মশিংগী মশক ওইবা মরূশিং হুল্লগা মহুদগী মহৈ মরোংগী মশক ওইবা পোক্লকপা অরানুবা ওই মহৈশিংবু চায। মতৌ অসুম্না ইন্দ্রিয়শিং অমসুং অন্তকরণ (মন) লোয়নবা হকচাংসিসু ক্ষেত্রগী (লৌবুক্কী) মতৌগুম্না তৌবদগী মাবুসু (হকচাংবুসু) ক্ষেত্র হায়না কৌবনি। ইন্দ্রিয়শিং অমসুং মন নৈতবা অশংবা হকচাদা কর্ম্মগী মশক ওইবা মরূশিং হুনবা যাদবা মরম্না মহুবু (অশিবা হকচাবু) ক্ষেত্র কৌবা যাদে। মরম অসিনা ইন্দ্রিয়শিং অমসু মনগা লোয়নবা হকচাবু হায়বদি [illegible]গী হকচাবু ক্ষেত্র হায়না কৌবনি হায়বসি খঙগদবনি। অদুগা ক্ষেত্রগী মশক ওইবা [illegible] মপু ওইনা লৈরিবা জীবাত্মাসি ক্ষেত্রজ্ঞনি ( ক্ষেত্র ওইবা হকচাবু [illegible] নি অমসুং ঐগীনি খঙবনি )। খঙগদৌবা পোৎ অখঙবদগী ( জ্ঞাতা ওইবা অখঙবা মীদগী ) অতোপ্পা ওই হায়বসি নিয়ম্নি। খঙগদৌবা পোৎ চযুবু খঙবা মী অতোপ্পা শোয়দনা ওই। মরম অসিনা মফম অসিদসু ক্ষেত্র ওইবা হকচাবু খঙবা জীবাত্মা ( ক্ষেত্রজ্ঞ ) হকচাংদগী অতোপ্পনি হায়বসি মযেক্না তারে। অদুমক ওইদুনসু হকচাগী ওইশিংবু লৌদুনা "ঐনি ঐ ওই" অসিনচিংবা হায়নৈ "এ হকচানি' হায়বসিদি খক হায়নদে। মরম অসিনা ইন্দ্রিয় মন অমসু হকচাংদগী অতোপ্পা অদুগা স সারী ওইদুনা অরা মুংঙাই ফংলিবা আত্মাসি অশেংবা মশক্ক করাগে হায়রবসিবু খঙদনবা শোয়দনা হোৎনগদবনি। আত্মাসিগী অশেংবা মশক খঙলবদি পোকপা শিবা নাইবা স সারসিদা হঙৎ হন্দা চত্নবা অরা মুংঙাই অমুক হন্না ফংলোই মতম পুম্নমক্তা মুংঙাইবগী মশক ওইবা অশেংবা ব্রহ্মদা তিন্দুনা লেবা ঙমগনি। শ্রুতিনসু অসুম্না হায়রে— "তরতি শোকমাত্মবিৎ" ( ছা উ° ৭।৩ )— "আত্মাবু অশেংনা খঙবা মী সংসারগী অরা মুংঙাইদগী নাদোকই ॥ ১ ॥

মতৌ অমুম্না হকচাং অমসুং, ইন্দ্রিয়শিংবদগী অতোপ্পা ক্ষেত্রজ্ঞ চেতন আত্মাবু তাক্লগা হৌজিক মহাক অশেংবা শক্তমদা পরব্রহ্মমক্তি, মখোন্দগী অতোপ্পা নত্তে হায়রসিবু তাক্লি—

ক্ষেত্রজ্ঞঞ্চাপি মাং বিদ্ধি সর্ব্বক্ষেত্রেষু ভারত।
ক্ষেত্রক্ষেত্রজ্ঞয়োর্জ্ঞানং যত্তজ্জ্ঞানং মতং মম ।২॥

অন্বয় — ভারত! সর্ব্বক্ষেত্রেষু চ ক্ষেত্রজ্ঞ অপি মাং বিদ্ধি, ক্ষেত্রক্ষেত্রজ্ঞয়ো যৎ জ্ঞানং, তৎ জ্ঞান মম মতং।

অন্বয় ব্যাখ্যা — ভারত=ভরত নিংথৌগী শাগৈদা পোকপা হে অর্জ্জুন! সর্ব্বক্ষেত্রেষু চ= অচৎ চত্পা ক্ষেত্র (হকচাং) পুম্নমক সিদা লৈবা ক্ষেত্রজ্ঞং অপি=ক্ষেত্রজ্ঞ চেতন আত্মাসিবু, মাং বিদ্ধি=পরমেশ্বর পরব্রহ্ম কৃষ্ণ ঐমক্তি খঙউ ক্ষেত্র ক্ষেত্রজ্ঞয়ো=মতৌ অমুম্না ক্ষেত্র ওইবা হকচাং অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞ ওইবা আত্মা অনীসিগী যৎ জ্ঞানং—খেন্নবা খঙবগী মশক ওইবা জ্ঞান অদু (মোক্ষ ফঙবগী মরম ওইবা মরম্না) তৎ জ্ঞানং—মহূ অশেংবা জ্ঞাননি হায়রসি, মম মতম—কৃষ্ণ ঐগী মতনি ॥ ২।

অপুনবা অর্থ °— ভরত নিংথৌগী শাগৈদা পোকপা হে অর্জ্জুন। অচৎ চত্ত ক্ষেত্র (হকচাংশিং) পুম্নমক্তা লৈবা ক্ষেত্রজ্ঞ চেতন আত্মা অসিবু পরমেশ্বর পরব্রহ্ম কৃষ্ণ ঐমক্তি খঙউ, মতৌ অমুম্না ক্ষেত্র ওইবা হকচাং অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞ ওইবা আত্মা অনীসিগী খেন্নবা খঙবগী মশক ওইবা জ্ঞানসিমক্তা মোক্ষ ফংনবা মরম ওইবদগী অশেংবা জ্ঞাননি হায়রসি কৃষ্ণ ঐগী মতনি ॥ ২।

অথুপ্পা বা

মসিগী অহানবদা হৌখিবা অধ্যায়দা শ্রীভগবান্না—

তেষ মহং সমুদ্ধর্ত্তা মৃত্যুসংসারসাগরাৎ।
ভবামি নচিরাৎ পার্থ ময্যাবেশিতচেতসাম্ ।।

(গী ১২/৭)

"হে অর্জ্জুন! কৃষ্ণ ঐহোন্দা পুক্নী চঙলংদুনা থম্বা মীশিংগী থৌন্দনমক পোল্লু শিবা তৌবা সংসারগী মশক ওইবা সমুদ্রদগী লান্থোক নবহূ কৃষ্ণ ঐ ওইগনি" অমুম্না হায়রিখি। মহৃদা জীবনা মশাবু (আত্মাবু) অশেংবা মওঙদা খঙদনা সংসার সমুদ্রসিদগী লান্থোক্কনা চংপা ঙম্নোই। মরম অসিনা শ্রীভগবান্না মাগী ভক্ত ওইবা মীশিংবু সংসার সমুদ্রদগী লান্থোকহনগে হায়রগীদমক আত্মাগী অশেংবা তত্ত্ববু তাকপা হৌরনি। মহূদা থরায়পানরশিংগী মশীং লাকওমদনা লৈবা হকচাংশিং পুম্নমক্তা অশেংবা মওঙদা আত্মা অমত্ত দা লৈ ময়াম নত্তে হায়রসি তাক্লনবগীদমক "ক্ষেত্রজ্ঞম্" অমুম্না 'একবচন' পীহূনা অমত্তা ওইবা ক্ষেত্রজ্ঞ আত্মাসিবু অদুগা ক্ষেত্র ওইবা হকচাং শিংবুদি "সর্ব্বক্ষেত্রেষু" অমুম্না 'বহুবচন' পীহূনা ময়াম ওইনা হায়। মপান্থোংগী ব্যবহারগী

মতমদা ঐখোয়না হকচাং খুদিংমক্তা তোপ্পা-তোপ্পা অমমম ওইনা ক্ষেত্রজ্ঞ আত্মাশিং উরিথঙলিবসিদি মায়াগী মশক ওইবা প্রকৃতিদগী ওইরকপা অকুপ্পা হকচাংগী মকোক ওইচুনা লৈবা অন্তঃকরণ উপাধিশিং খেন্নবদগীনি। খুদম ওইনা হায়রবদি— আকাশ (অতিয়া) অশেংবা মওঙদা অমত্তা ওইরবস্তু পৃথিবীদা লৈবা মশীং লাকওমদবা যুম পুম্নমক্তা চওচুনা উপাধি ওইনা যুম খুদি মক্তা তোপ্পা-তোপ্পা মশীং নাইদনা আকাশ লৈবগুম্বনি বিচার (বাখল) তৌচুনা য়েংলবদি যুম মশীং মাইদনা ময়াম ওইরবস্তু মখোয়গী মনুং দা চওচুনা লৈরিবা আকাশ ময়াম মত্তে অমখক্তনি। মতৌ অদুম্না মশী মাইদনা লৈবা ক্ষেত্র ওইবা হকচা শিং দা লৈবা ক্ষেত্রজ্ঞ আত্মা অশেংবা মওঙদা ময়াম মত্তে অমত্তনি হায়না খঙচুনা লেপকদবনি। মসিবু লেপ্পা খঙদ্রবদি সংসার সমুদ্রগ লাম্নোক্তুনা চংশসি ওইথোক্তবনি। মরম অসিনা শ্রুতিনা (বেদনা) অদুম্না হায়রি— "মৃত্যোঃ স মৃত্যুমাপ্নোতি য ইহ নানেব পশ্যতি" (বৃ উ ৪।৪।১৯)— "মী অমনা অসিগুম্বা অমত্তা ওইবা আত্মাতত্ত্বসিদা ময়ামগী মওং (মশক মতৌগুম) উই (খঙই) অদুগুম্বা মীহু শিরবা তুংদা হনা পোক্নুনা অশিবা ক চুনক্তা লৈ।"

মসিদ মত্তনা অসিগুম্বা অমত্ত ওইবা আত্মতত্ত্বসি শ্রীভগবান্দগীস্থু অতোপ্পা মত্তে অশেংবা মওঙদা শ্রীভগবানমক্তি হায়বসিবু ইদু ৫৩ মহাক্তা (ভবগান্না) "ক্ষেত্রজ্ঞঞ্চাপি মাং বিদ্ধি"— 'ক্ষেত্রজ্ঞ জীবাত্মাসিমক অশেংবা শক্তমদা সাক্ষাৎ পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐমক্তি, ঐঙোন্দগী অতোপ্পা মত্তে সূপ্পা অজ্ঞান্না মরম ওইচুনা অন্তঃকরণ (পুক্নী গী মশক ওইবা মন) উপাধি লৈবদগী ব্যবহারদা তোপ্পা উবদনি হায়বসি নীথিনা খঙউ অদুম্না খঙলবদি সংসার সমুদ্রদগী লায়না লাম্নোকপা ঙমগনি অদুগা মদুম্না খঙবসি জ্ঞান হায়রবদুনি" হায়না তাক্লি। শ্রুতিশিং মস্থু অদুম্না তাক্লি— "তত্ত্বমসি" (ছা উ ৬।৮।৭) "পরমাত্মাদু নঙমক্তি।' "অয়মাত্মা ব্রহ্ম' (বৃ উ ২।৫।১৯)— "আত্মাসি ব্রহ্মনি।" "জীব এব সদা ব্রহ্ম"— (তে বি উ ৬।৩৮)— "মতম পুম্নমক্তা জীবসিমক ব্রহ্মনি।' আত্মানমেবাহবেদাহং ব্রহ্মাস্মীতি' (বৃ উ ১।৪।১) —"আত্মাসিমক্তবু ঐনি, ব্রহ্মনি হায়না খঙগদবনি।' "তদেতৎ সত্যমাত্মা ব্রহ্মৈব ব্রহ্মাত্মৈবাত্র হ্যেব ন বিচিকিৎস্যম্" (নৃ উ উ ৯)— "মসি অচুম্বমক্তি, মহুদি আত্মা ব্রহ্মমক্তি ব্রহ্ম আত্মামক্তি, মসিদ লেপ্পমক চি নবা তৌরোইদবনি।'

শ্রীমদ্ভাগবতকী মনুংদস্থু কপিল ভগবান্না মমা দেবহূতিগী মফমদা অদুম্না হায়রি—

অহং দাবচ্চ যেত্তাবদীশ্বরং মাং স্বকর্ম্মকৃৎ।
যাবন্ন বেদ স্বহৃদি সর্ব্বভূতেষ্বংস্থিতম্॥
আত্মনশ্চ পরস্যাপি য করোত্যন্তরোদরম্।
তস্য ভিন্নদৃশো মৃত্যুর্বিদধে ভয়মুল্বণম্॥

(ভা ৩।২৯।২৫ ২৬)

"থবায়পানবা পূম্নমক্তা আত্মা ওইবা লৈবা ঐবু ( কপিল ভগবানবু ) মশাগী হৃদয়দা (পুক্নী দা) নীংথিনা থওত্রিবা অহুকী মখৈ মশাগী কর্ম্ম তৌহুনা লৈবা মী অহুনা পূজা মচিংবা তৌবদা ঈশ্বর ঐগী আরাধনা তৌহুনা লৈগদবনি ॥ ২৫ ॥ মরমদি মী অহুনা আত্মা অমসুং পরমাত্মাদা খজিক্তং কাওবা খেন্নবা তৌরবদি ( খেন্নবা রাখল থম্লবদি ) খেননা য়ে লিবা মী অহুগী মত্বানা য়াম্না অকিবা মপোক ফংহল্লী।

মসিদ মতুনা শ্রীমদ্ভাগবতকী অরোইবদা শ্রীশুকদেব মুনিনা রাজা পরীক্ষিৎপু অরোইবা উপদেশ ( পাউতাক ) ওইনা অসুম্না হায়রি—

ঘটে ভিন্নে যথাঽঽকাশ আকাশ স্যাৎ যথা পুরা।
এবং দেহে মৃতে জীবো ব্রহ্ম সম্প্যাতে পুন ॥ ৫ ॥

মনঃ সৃজতি বৈ দেহ'ন্ গুণান্ কর্ম্মাণি চাত্মন ।
তন্মনঃ সৃজতে মাযা ততো জীবস্য সংসৃতি । ৬ ।

অহং ব্রহ্ম পরং ধাম ব্রহ্মাহং পরমং পদম্।
এবং সমীক্ষন্নাত্মানমাত্মন্যাধায নিষ্কলে ॥ ১১ ।

দশন্তং তক্ষকং পাদে লেলিহানং বিষাননৈ ।
ন দ্রক্ষ্যসি শরীরং চ বিশ্বং চ পৃথগাত্মন ॥ ১২

( ভাগ° ১২।৫ )

"চফু কায়রবা মতুংদা মহুগী মনুংদা লৈরম্বা অপীকপা আকাশ ( অতিয়া ) অহু হান্না লৈরম্বা অহুগুম্না অচৌবা আকাশ ওইনা লৈ। মতৌ অহুম্না অনীগী আত্মাসু হকচাংশিনবদা অমুক হন্না ব্রহ্মদা তিন্দুনা লৈ । ৫ । জীবাত্মাসিগী হকচাংশিং, গুণশিং, অমসুং কর্ম্মশিংবু (থবকশিংবু) মননা ( পুক্নীংনা ) শেম্মি অহুগা মায়ানা মন অহুবু শেম্মি, মহুদগী জীবসিগী সংসার ওইরিবনি । ৬ ॥ খায়দগী অথোইবা খুবম ব্রহ্মহু ঐনি অমসুং খায়দগী অথোইবা থুংনকম ওইবা ব্রহ্মহু ঐনি— অসুম্না পুক্নীংদা লেপ্পা লৈতনা, মচেং মকায় অমত্ত লৈতবা পরমাত্মাদা আত্মাবু তিল হন্নু ॥ ১১ ॥ মহুম্না তৌরবদি খোংদা হু লৈবা চীম্না লেক্কুনা চীক্লিবা তক্ষক কৌবা লিনবু হকচাংবু অহুগা তাইবংপান পূম্নমকসিবু আত্মাদগী অতোপ্পা ওইনা নংনা উরোই ॥ ১২ ॥

মসিগী পাউখুমদা পরীক্ষিৎনা শুকদেববু অসুম্না হায়—

ভগবংস্তক্ষকাদিভ্যো মৃত্যুভ্যো ন বিভেম্যহম্।
প্রবিষ্টো ব্রহ্ম নির্ব্বাণমভয়ং দর্শিতং ত্বয়া।

অজ্ঞানং চ নিবস্তুং মে জ্ঞানবিজ্ঞাননিষ্ঠয়া।
ভবতা দর্শিতং ক্ষেমং পরং ভগবত পদম্॥
(ভা ১২।৬।৫ ৭)

"ভগবন! নহাক্না তাকপীবা অকিবা লৈত্রবা মোক্ষগী মশক ওইবা ব্রহ্মদা ঐ চঙহনা (তিন্দুনা) লৈজরে। মৃত্যুগী মশক ওইবা তক্ষক নচি বদগী ঐ কন্নিমত্ত কিজদ্রে। জ্ঞান অমসুং বিজ্ঞান্দা (আত্মাবু শংশঙনা খঙবা জ্ঞানদা) পুক্নী চঙহনা লৈবা মরমদগী ঐগী অজ্ঞান মাঙদ্রে। য়াইফবগী মশক ওইবা পরমাত্মাগী খুবমহবু নহাক্না ঐঙোন্দা তাকপীরে॥"

হায়রিবসি শ্রীমদ্ভাগবতকী বাহি। মতৌ অসুম্না গীতা শাস্ত্র অসিদসু শ্রীভগবান্না ভক্ত ওইবা মীশিংগী অরান খুবম ওইবা য়াইফবা ওইনবগীদমক আত্মতত্বগী অশেংবা মওঙহবু তাকপিত্রনা ক্ষেত্রজ্ঞ জীবাত্ম সি সাক্ষাৎ পরমেশ্বর কৃষ্ণমক্কি, মঙোন্দগী (কৃষ্ণদগী) অতোপ্পা নত্তে তাকপিরিবনি। অহুবু মসিদা কনা কনাগুম্না মীনা জীবাত্মাসিবু ভগবান্দগী অতোপ্পা অমা নত্তে হায়বা বাসিবু য়ানিংদহনা "ক্ষেত্রজ্ঞঞ্চাপি মাং বিদ্ধি" হায়বা ভগবান শ্রীকৃষ্ণমকী বাহৈ অসিদা "অপি" শব্দ অসিবু মাং" শব্দগী তুংদা পুরক্নুনা "ক্ষেত্রজ্ঞঞ্চ মামপি বিদ্ধি" হায়বদি "কৃষ্ণ ঐবুসু ক্ষেত্রজ্ঞনি (ক্ষেত্রগী মশক ওইবা হকচাংসিতবু খঙবনি) অসুম্না খঙউ হায়না অর্থ তৌই। অহুবু শ্রীভগবান কৃষ্ণদি সর্ব্বজ্ঞনি (পুম্নমকপু খঙবনি হায়বসি বেদ পুরাণ-নচিংবদা ফাওহনা লৈরিবনি। মসিদা "হকচাংদবু খঙবা ঐহাকসুনি খঙউ" হায়হনা হকচাংবু লৌরগা হায়বসি করি কান্নফম লৈ? হকচাংবু খঙদবা ওইনা শ্রীভগবানগী মরমদা চিংনরবতদা— "ঐবুসু হকচাং খঙবনি খঙউ" হায়রুম থোকই। মরম অসিনা অসিগুম্না অর্থসিগী মরমদদি লৌশিংশিংবা মীনা থন্দুনা হায়বদি বাখল তৌহনা য়েংগদবনি। মসিদা থোইনা হায়ফম থোক্কে॥ ২॥

মথক্কী শ্লোক অনীনা হায়খিবা ক্ষেত্র অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞ অনীসিগী মরমদা শন্দোক্না তাকে হায়বগীদমক শ্রীভগবান্না অসুম্না হায়বা হৌই—

তৎক্ষেত্রং যচ্চ যাদৃক্চ যদ্বিকারি যতশ্চ যৎ।
স চ যো যৎপ্রভাবশ্চ তৎ সমাসেন মে শৃণু॥ ৩॥

অন্বয় — তৎ ক্ষেত্রং যৎচ যাদৃক্চ যদ্বিকারি যত চ যৎ, স চ য যৎ প্রভাব চ তৎ সমাসেন মে শৃণু॥ ৩॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— ত ক্ষেত্রং = অঙাননা শ্লোক্তা ইন্দ্রিয় অমসু অন্তঃকরণ নচিংবগা লোয়ননা হায়খিবা হকচাংগী মশক ওইবা ক্ষেত্রহ যৎ চ = অহুগা নহাক্কী অচেতন ওইবা (অহিংবা নত্তবা) স্বভাবনচিংবা, যাদৃক্ চ = অপাম মিহৌনচিংবা দোষশিংনা তিন্দুনা লৈবগী মওঙ; যদ্বিকারি = মওঙ মীংথিনা লেপ্পা [illegible] ইন্দ্রিয়নচিংবগা লোয়ননা লৈবা; যত. চ — করি মরমদগী মহাক

( ক্ষেত্র ) অসি পোক্লকপবো যৎ=ক্ষেত্র অসি অশেংবদা করম্বা মশক্নো সঃ চ=অদুগা মথক্তা হায়খিবা ক্ষেত্রজ্ঞ ( জীবাত্মা ) অদু, য =মহাক অশেংবা শক্তিশিংদা করম্বা যৎপ্রভাব চ= অদুগা মহাক্না তৌবা ঙম্বা শক্তিশিং করম করম্বনো ( করিকরি নং ) তৎ—মদুপু পক অহুম্বু সমাসেন=শমলপ্না মে=কৃষ্ণ এগী বাহৈশিংদগী শৃণু=তাবা তাও ॥ ৩ ॥

**অপুনবা অর্থ** — মথক্তা হায়খিবা হকচাংগী মশক ওইবা ক্ষেত্রগী মচেং মাগী কৌবশা ওইবা স্বভাব মাগী অপাম মিহৌনচিংবা দোষ গুণ মহাক কদায়দগী পোক্লকপবো অমসুং ক্ষেত্রসিগী অশেংবা মশক করিনো মতৌ অসুম্না মথক্তা হায়খিবা ক্ষেত্রজ্ঞ ( জীবাত্মাদু ) করিনো অশেংবা ক্রমদা মহাক কনানো অমসুং মহুদা তৌবা ঙম্বা করম করম্বা শক্তিশিং লৈবা অসিনচিংবা পূমক অহুম্বু কৃষ্ণ এগী শমলপ্না বাহৈশিংদগী তাবিনা তাও ॥ ৩ ॥

ইবুঙো মংনা শমলপ্না তাকে হায়রিবসিবু কনানা অহানবদা শন্দোক্না হায়খিবগে অসুম্না চংনরবদা তারীবা মীশিংগী পুক্নীং থৌগৎনবগীদমক ভগবান্না অসুম্না হায়রি—

ঋষিভির্বহুধা গীতং ছন্দোভির্বিবিধৈঃ পৃথক।
ব্রহ্মসূত্র পদৈশ্চৈব হেতুমদ্ভির্বিনিশ্চিতৈঃ ॥ ৪ ॥

**অন্বয় :—** ( তৎ ক্ষেত্রক্ষেত্রজ্ঞতত্ত্বং ) ঋষিভি বহুধা গীত, বিবিধৈ ছন্দোভি পৃথক্ (গীতম), ( তথা ) হেতুমদ্ভি বিনিশ্চিতৈ ব্রহ্মসূত্র পদৈ চ এব ( পৃথক গীতম্ ) ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — ( তৎ ক্ষেত্রক্ষেত্রজ্ঞ তত্ত্বং ) ঋষিভি = ( ক্ষেত্র অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞগী অশেংবা মশক ওইবা তত্ত্ববু ) বশিষ্ঠ মচিংবা ঋষিশিংনা, বহুধা গীতং=যোগবাশিষ্ঠ মচিংবা শাস্ত্রশিংদা মায়াম্না শকখ্রে ( ইখ্রে—হায়খ্রে ) বিবিধৈ ছন্দোভি =মখল মখা য়াম্লবা শাখাশিংগা ( মশাশিংগা) পায়নবা ঋগবেদ, সামবেদ মচিংবা, পৃথক ( গীতং ) = কর্মকাণ্ডগী মনুং চম্না তোপ্পা হায়খ্রে, ( তথা ) হেতুমদ্ভি = ( মতৌ অদুম্না ) যুক্তিশিংগা লোয়নবা বিনিশ্চিতৈ = অরেপ্পা ওইবা ব্রহ্মসূত্র পদৈ চ এব ( পৃথক গীত )= ব্রহ্ম লৈ হায়বা খঙনবা মানা তৌবা ৎবক্না তাকপা অমসুং মাগী ( ব্রহ্মগী ) অশেংবা মশকপু তাকপা উপনিষংশিংগী মন্ত্রশিং মসু তোঙানা হায়খ্রে ॥ ৪ ॥

**অপুনবা অর্থ :—** বশিষ্ঠমচিংবা ঋষিশিংনা ক্ষেত্র অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞগী অশেংবা মশকপু যোগবাশিষ্ঠমচিংবা শাস্ত্রদা মায়াম্না হায়খ্রে মখল মখা য়াম্না শাখা (মশা) লৈবা ঋগবেদ সামবেদমচিংবদা কর্মকাণ্ডগী মনুং চম্না তোপ্পা হায়খ্রে অদুগা যুক্তিশিংগা লোয়নবা অরেপ্পা ওইবা ব্রহ্ম লৈ খঙনবা তাকপা অমসুং ব্রহ্মগী মশক মওংবু তাকপা উপনিষংশিংগী মন্ত্রশিংদসু তোঙানা হায়খ্রে ॥ ৪ ॥

অথুম্বা ৱা

হকচাংমচিংবগী মশক ওইবা ক্ষেত্র অদুগা ক্ষেত্রজ্ঞসিবু ঐনি অমসুং ঐগীনি খঙদুনা ব্যবহার তৌরিবা ক্ষেত্রজ্ঞ ( জীবাত্মা ) অনী অসিবু তোঙান তোঙানা খঙদুনা লেপ্লবগীদমক বশিষ্ঠমচিংবা ঋষিশিংনা যোগবাশিষ্ঠমচিংবা শাস্ত্রশিংদা য়াম্না শুগায়না তাক্লুনা হৈরি। অদুগা মশাবু কর্ত্তা ( থবক তৌবা মীনি ) অমসুং ভোক্তানি ( থবক্কী মহৈ চাবনি ) লেপ্তুনা স্বর্গনচি বগী মহৈ পামদুনা মথল মথা অয়াম্বা কর্ম্ম তৌনীংলিবা মখোয়শিং দুগীদি কর্ম্মকাণ্ডদা শীঞ্জিন্নরিবা অমসুং শাখাশিং ( মশা ময়াম ) খাইদোক্লা লৈবা ঋগবেদ সামবেদ মচিংবমসু যজমানগী মশক ওইবা ক্ষেত্রজ্ঞসিবু ব্রহ্মমক্তি হায়দুনা চিংনবা লৈতনা যুক্তিশিংগা লোয়নবা ব্রহ্ম লৈ হায়বসি মগী থবকশিংনা তাক্লগা মাগী অশেংবা মশক মওংবুসু হায়রি। মসিবু তাংক হায়বগীদমক শ্রীভগবান্না "ব্রহ্মসূত্রপদৈশ্চৈব" অমুম্না হায়বসিদা — "ব্রহ্মসূত্র" গী অর্থদি— "ব্রহ্মসূত্র্যতে—সূচ্যতে—স্বকার্য্যেণ প্রতিপাদ্যতে তৈরিতি ব্রহ্মসূত্রাণি। "উপনিষৎশিংগী মন্ত্রশিংনা ব্রহ্ম লৈ হায়বসিবু মাগী থবক্না তাকপসি ব্রহ্মসূত্রনি।" মসিগী খুদমদি— যতোবা ইমানি ভূতানি জায়ন্তে, যেন জাতানি জীবন্তি যৎপ্রযন্ত্যভিসংবিশন্তি তদ ব্রহ্ম" ( তৈ উ ৩।১ )— মদুদগী অচৎ চত্ত তাইবঙপানসি পোক্লকই মদুনা ময়ম ওইদুনা পোক্লকইবা পুম্নমকসি হিংদুনা লৈ অদুগা মাংবা ( শিবা ) মতমদা পুম্নমকসি মদুদা অমুক হন্না তিল্লী অসিগুম্বা মহাক অদু ব্রহ্মনি মতৌ অমুম্না ব্রহ্মসূত্রপদৈ দা পদগী অর্থদি— ব্রহ্ম পদ্যতে—স্বরূপেণ সাক্ষাৎ প্রতিপাদ্যতে তৈরিতি ব্রহ্মপদানি — "শংশঙবা ব্রহ্মগী মশকপু তাকপা উপনিষৎকী মন্ত্রশিং ব্রহ্মপদগী অর্থনি।" খুদমদি— "সত্যং জ্ঞানমনন্তং ব্রহ্ম ( তৈ উ ২।১ )— "সৎ, চিৎ অমসুং ওমথৈ লৈতবদু ব্রহ্মনি" অসিমচিংনা।

অদুগা "হেতুমদ্ভির্বিনিশ্চিতৈ"— "অয়েপ্পা যুক্তিশিংগা লোয়নবা" হায়খিবা অদুসু—"সদেব সোম্যেদমগ্র আসী দেকমেবাঽদ্বিতীয়ম্ তদ্ধৈক আহুরসদেবেদমগ্র আসীদেকমেবাঽদ্বিতীয় তস্মাদসত সজ্জায়েত।" ( ছা উ ৬।২।১ )—"য়েংবদা নুংশিবা হে শ্বেতকেতু। লৈশেমত্র লৈঙ্গী মমাংদা উনিবা তাইবঙ পুম্বগী অনীশুবা লৈতবা সুপ্না সৎব্রহ্মতমক লৈরমই। মদুবু মী খরন অস্মা হায়— লৈশেম ত্রতৈদা অনীশুবা লৈতবা সুপ্না অমত্তা ওইবা অসৎ ( শূন্য ) লৈরমই অসৎ অদুদগী সৎ ওইবা ( লৈ হায়না খঙনরিবা ) তাইবঙপান অসি পোক্লকই।" মতৌ অমুম্না হায়রগা —"কুতস্তু সোম্যৈবং স্যাদিতি হোবাচ কথমসত সজ্জায়েত" ( ছা উ ৬।২।২ )—"য়েংবদ নুংশিবা হে শ্বেতকেতু। মসি করম্না ওইবা য়াগনি? অসতগী ( শূন্য হায়বদি করিমত্ত লৈতবদগী ) সৎ ( অয়েবা পোৎ ) করম্না পোকনি? অসিমচিংবা অসি হকচাংসিদা ক্ষেত্র ওইবা লৈরিবা ব্রহ্মবু তাকপা, চিংনবা লৈত্রবা যুক্তিশিংনি হায়না খঙগদবনি ॥ ৪ ॥

মতৌ অমুম্না তাদীবা অর্জুনবু ক্ষেত্র অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞগী ময়মদা পুক্নীং থিংজিনহন্নগা মথং শ্লোক অনীনা ক্ষেত্রগী ময়মদা অমুম্না হায়রি —

মহাভূতান্যহংকারো বুদ্ধিরব্যক্ত মেব চ।
ইন্দ্রিয়াণি দশৈকংচ পঞ্চচেন্দ্রিয় গোচরা॥ ৫ ॥

ইচ্ছাদ্বেষ সুখং-দুঃখং সংঘাতশ্চেতনা ধৃতি।
এতৎ ক্ষেত্রং সমাসেন সবিকারমুদাহৃতম্। ৬।

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — (পঞ্চ) মহাভূতানি=অপোবা আকাশ মু শীংনচিংবা ভূত মঙাগী মর ও বা তন্মাত্র কৌবা অকুপ্পা মহা ভূত মঙা অহংকার =মহাভূত মঙাসিগী মরম ওইবা অমসু "অহ" হায়বদি "ঐ" অসুম্না অভিমান (নাপল) তৌবা অহ তত্ত্ব বুদ্ধি =অহ তত্ত্বগী (অহংকারগী) মরম ওইবা অমসুং, অরুপ্পা জ্ঞানগী মশক ওইবা মহৎতত্ত্ব অব্যক্ত এব চ=অদুগা মহৎতত্ত্বগী মরু ওইবা সত্ত্ব, রজ তম গুণ অহুমগী মশক ওইবা প্রকৃতি (মায়া) ইন্দ্রিয়াণি দশ একং চ= মাকো মচি বা জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা খুংনচি বা কর্মেন্দ্রিয় মঙা অমসু মন (পুক্নী) মতৌ অসুম্না মখোয় তরামাথোই পঞ্চ চ ইন্দ্রিয়গোচরা — অদুগা মাকো মচি বা জ্ঞানেন্দ্রিয় অমসুং, খুংনচিংবা কর্মেন্দ্রিয় মঙানা খঙলিবা অমসুং, লৌরিবা আকাশমচি বা অপোবা ভূত মঙা। ৫। ইচ্ছা—তোগা ওইবা পোৎশিং পাম্না দ্বেষ =পামদবা পোৎশি বু য়েংখিবা সুখ =অপাম্বা পোৎ ফংলগা নুংঙাইবা দুঃখ =পামদবা পোৎ ফংলগা নুং ঙাইতবা (ৱাবা) সংঘাত =হকচাং অমসু ইন্দ্রিয়শিং পুম্না তিনশিন্দুনা লৈবা মওঙ চেতনা=চেতন (জ্ঞানগী মশক ওইবা) আত্মাগী মি (আভাস। ভাবদগী অন্তঃকরণদা (পুক্নীগী মশক ওইন মননা) লৈবা জ্ঞান শক্তি ধৃতি =অরা অনাম চি বা খঙননবা শক্তি এত =মসি পুম্নমকসি সবিকার ক্ষেত্রম=মখেয় মখোয়গী থবকশিংগা লোয়নবা ক্ষেত্রনি হায়না সমাসেন উদাহৃতম=শমলপ্না খুদম ওইনা পীরনি। ৬।

**অপুনবা অর্থ**•— অপোবা আকাশমচি বা ভূত মঙাগী মরু ওইবা (মরম ওইবা) তন্মাত্র কৌবা অকুপ্পা মহাভূত মঙা মহাভূত মঙাসিগী মরম ওইবা "অহ" হায়বদি "ঐ" হায়না চাউথোকপা অহংতত্ত্ব অহংতত্ত্বগী মরম ওইবা অমসুং অরেপ্পা জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা কর্মেন্দ্রিয় মঙা অমসুং মন জ্ঞানেন্দ্রিয়নচিংবা ইন্দ্রিয় তরাগী বিষয় ওইবা অপোবা আকাশমচিংবা ভূত মঙা॥ ৫॥ তোগা ওইবা পো পু পাম্বা (ইচ্ছা) পামদবা পোংপু য়েংখিবা (দ্বেষ) অপাম্বা পোৎ ফংলগা নুংঙাইবা (সুখ), পামদবা পোৎ ফংলগা নুংঙাইতবা (ৱাবা—দুঃখ), হকচাং অমসুং ইন্দ্রিয়শিং পুম্না তিনশিন্দুনা লৈবা মওঙ (সংঘাত) চেতন আত্মাগী মি (মমি) ভাবদগী অন্তঃকরণদা (মননা) লৈবা জ্ঞান শক্তি (চেতনা) অরা অনা খঙননবা শক্তি (ধৃতি) মসি পুম্নমকসি মখোয় মখোয়গী থবকশিংগা লোয়নবা ক্ষেত্রনি হায়না শমলপ্না খুদম ওইনা পীরনি॥ ৬॥

**অথুপ্পা বা**

ঐখোয়না উবিবা খঙলিবা অপোবা আকাশ (অতিয়া) নুংশিৎ, মৈ ঈশিং অমসুং পৃথিবী মঙাসিগী মরম ওইবা অকুপ্পা ভূত মঙা লৈ। মখোয় অহু মথং মনাও নাইবা শব্দতন্মাত্র,

স্পর্শতন্মাত্র, রূপতন্মাত্র রসতন্মাত্র অমসু গন্ধতন্মাত্র হায়না কৌই। মখোয় মচা অসি অপোবা আকাশনচিংবা ভূত মচাদা কারণ (মরম) ওইনা শীনথু না য়াম্না পাক চাউনা লৈবা মরমদগী মহাভূত হায়না কৌই। হায়রিবা মহাভূত মচাসি "অহং' (ঐ) হায়না অভিমান (চাউথোকপা) তৌবা অহংকার তত্ত্বদগী পোক্লকই, অহংগা অহংকার তত্ত্বসিদি বুদ্ধিগী মশক ওইবা মহত্তত্ত্বদগী পোক্লকই, মহৎতত্ত্বদি সত্ত্ব রজ অমসু তম গুণ অহুম্না তিন্দুনা লৈবী প্রকৃতিদগী (ঈশ্বরগী মথা পোন্দুনা লৈবী মায়া শক্তিদগী) পোকপনি। মায়াগী মশক ওইবী প্রকৃতিসিদি করা অমত্তদগী পোকপা নত্তে মহাক্তি মতম পুম্নমক্তা ঈশ্বরদা চঙজহনা শক্তি ওইনা লৈ। মতৌ অসুম্না প্রকৃতি মহৎতত্ত্ব অহংকার অমসুং মহাভূত কৌবা তন্মাত্র মচা পুন্না মীপাল অসি অপোবা তাইবংসিগী শেমগৎনবা মথং-মনাও নাইনা মরম ওই। মতৌ অসুম তৌবা অরোইবদা হায়রিবা মহাভূত কৌবা অকুপ্পা তন্মাত্র মচাসিদগী অহান্নদা মথং মনাও নাইনা মাকোংনচি বা জ্ঞানেন্দ্রিয় মচা খুৎনচিংবা কর্মেন্দ্রিয় মচা মন অমসুং আকাশনচি বা অপোবা ভূত মচা পুন্না তন্নাতন্নকসি পোক্লকই। মতৌ অসুম্না মসিদা প্রকৃতিনচিংবা মীপাল তিনশিল্লগা মশীং কুনমরি ওই। মখোয় অনিবু কপিল ঋষিগী সাংখ্য শাস্ত্রদা তত্ত্ব কুনমরি কৌই। মখোয় পুম্নমকসি ক্ষেত্রগী মনু চনবা চাক্লনি। মসিদ নত্তনা নৈয়ায়িক অমসুং বৈষেশিকশিংনা আত্মাগী গুণ ওইনা লৌরিবা ইচ্ছ দ্বেষ নচিংবা পুম্নমক সিসু অন্ত করণগী (মনগী) ধর্ম্ম ওইবা মরমদগী ক্ষেত্রগী মনুং চনবা চাক্লান হায়নসিবু ভগবান্না তাক্লি। আত্মাদি নিগুণ ওইবা মরম্না মতোন্দা গুণ অমত্তা লৈতে আত্মাগী উপাধি ওইবা অন্ত করণদা লৈবা ইচ্ছ, দ্বেষ নচিংবা অহুবু অজ্ঞানী ওইবা মীশিং ব্যবহারদা আত্মাগীনি হায়না খঙনবতনি। শ্রুতিনসু অসুম্না হায়রি— "কাম সংকল্পো বিচিকিৎসা শ্রদ্ধাহশ্রদ্ধা ধৃতিরধৃ তির্হ্রীর্ধীর্ভীরিত্যেতৎ সর্ব্বং মন এব।"

(বৃ উ ১।৫।৩)

'অপাম্বা তৌগে লেপ্পা, চিন্নবা খাজদবা খাংবা খাঙদবা ঈকাইবা, জ্ঞান তৌবা, কিবা মসি পুম্নমকসি মন্-মক্তি হায়বদি মনদা ওইবা ধর্ম্ম চাক্লনি আত্মাগী নত্তে।" ‖ ৫-৬ ‖

মতৌ অসুম্না ক্ষেত্র করিনো হায়বসি তাক্লগা মশিবু (ক্ষেত্রজ্ঞ) খঙহনা সাক্ষী ওইনা লৈরিবা ক্ষেত্রজ্ঞ আত্মাবু ক্ষেত্র ওইবা হকচাংনচি বদগী থাইদোক্লনা শুগায়না তক্লে হায়বগীদমক ক্ষেত্রজ্ঞ আত্মাগী জ্ঞান ফংবদা মতীক চানবা উপায় (পাসে) অমানিত্ব নচিংববু (অচৌবনি হায়হনা নাপল তৌদবনচিংববু) অহানবদা শ্রীভগবান্না মথাগী শ্লোক মচাদা অসুম্না তাক্লি—

অমানিত্বমদম্ভিত্বমহিংসা ক্ষান্তিরার্জ্জবম্।
আচার্য্যোপাসনং শৌচং স্থৈর্য্যমাত্মবিনিগ্রহঃ ‖ ৭ ‖

অন্বয় ব্যাখ্যা — (১) অমানিত্বম — মশাদা মতৌক চাবা অরুবা গুণ শৈরবস্থু অচৌবনি হায়হুবা মশাবু থাগতুবা ( মাপল তৌদবা ) (২) অদম্ভিতম = অতোপ্পশিংবা খংসনু হায়বা মশাগী মগুণ ফোংদোক্লবা (৩) অহিংসা — হকচাং, পুক্নী, অমসুং ৱাহৈনা অতোপ্পবু নুংঙাই হন্দবা তৌদবা (৪) ক্ষান্তি = মাগী মফমদা অতোপ্পনা তৌবা মরালবু ঙাকপিহুনা শৈবা, (৫) আর্জবম = পুকচেল তিংবা লৈবা, (৬) আচার্য্যোপাসনম = মোক্ষ ফংনবা উপায়শিংবু তাক পিহুবা লৈবা আচার্যাগী (গুরুগী) পুক্নীং চংবা সেব্য তৌবা, (৭) শৌচম = পুক্নীং অমসুং হকচাংবু শেংনা থম্বা, (৮) স্থৈর্য্যম = মোক্ষ ফংনবা লম্বীদা পুক্নীং লৈতানা লেংদনা লৈবা (৯) আত্ম বিনিগ্রহ = পুক্নীং অমসুং হকচাংবু ফজুবা থবক তৌহন্দনা লাকশিন্দুনা থম্বা। ৭ ॥

ইন্দ্রিয়ার্থেষু বৈরাগ্যম অহংকার এব চ।

জন্মমৃত্যুজরাব্যাধিদুঃখদোষানুদর্শনম্ ॥ ৮ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — (১) ইন্দ্রিয়ার্থেষুবৈরাগ্যম = ইন্দ্রিয়শিংগী ভোগ্য ওইবা লৈরিবা পোৎশিংদা অপাম্বা লৈতবা (১) অনহংকার এব চ = অহুগা ঐনা মহেল্লে হায়বা নাপল শৃকতৌ তৌদবা (২) জন্ম মৃত্যু জরা ব্যাধি দুঃখদোষানুদর্শনম = পোকপা, শিবা, অহল ওইবা লাংথু পকপা ( অনাবা পকপা ) পূম্নমকসিদা অরাবনি খন্দুনা দোষ য়েংবা ॥ ৭ ॥

অসক্তিরনভিষ্বঙ্গঃ পুত্রদারগৃহাদিষু।

নিত্যঞ্চ সমচিত্তত্বমিষ্টানিষ্টোপপত্তিষু ॥ ৯ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— (১৩) পুত্রদারগৃহাদিষু অসক্তি = ইচা ইত্তু য়ুমনচিংবদা ত্রাম্না হেন্না পুক্নীং থি জিন্দবা, (১৪) অনভিষ্বঙ্গ = মতৌ অহুম্না ইত্তু ইচা নচিংবহুগী অরা নুংঙাইবদা ঐহাক নায়ে অমসুং নুংঙাইরে হায়বসি খন্দবা (১৫) ইষ্টানিষ্টোপপত্তিষু = অপাম্বা পাদবা, পোৎ ফংবদা নিত্য চ = মতম পূম্নমক্তা, সমচিত্তত্ব = পুক্নীং চপ মান্নবা অমত্তা ওইনা লৈবা। ৯ ॥

ময়ি চানন্যযোগেন ভক্তিরব্যভিচারিণী।

বিবিক্তদেশসেবিত্বমরতির্জ্জনসংসদি ॥ ১ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— (১৬) ময়ি চ = অহুগা সাক্ষাৎ পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐঙোন্দা অনন্যযোগেন — ঐগীনি হায়ববু কৃষ্ণ নত্তনা অতোপ্পা অমত্ত লৈতে হায়বসি লেপ্পুনা, অব্যভিচারিণী ভক্তি — কদোংৈদস্থু লেংঙলয়োইদবা ভক্তি তৌহুনা লৈবা (১৭) বিবিক্তদেশসেবিত্বম = অচীকপা, অশেংবা মফমদা লৈবা, ( ১৮ ) জনসংসদি অরতি = ভক্ত ওইদবা মীশিংগী সভাদা চৎপা পাংদবা ॥ ১০ ॥

অধ্যাত্মজ্ঞাননিত্যত্বং তত্ত্বজ্ঞানার্থদর্শনম্।
এতজ্জ্ঞানমিতি প্রোক্তমজ্ঞানং যদতোঽন্যথা ॥ ১১ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা°— (১৯) অধ্যাত্মজ্ঞাননিত্যত্বম্=আত্মতত্ত্বগা মন্নী লৈনবা জ্ঞানবু ফংনবা মহুগী মরমদা মতম্ পূম্নমক্তা বিচার তৌহনবা লৈবা, (২) তত্ত্বজ্ঞানার্থদর্শনম=আত্মাতত্ত্বগী জ্ঞান অহুদগী ফংগদবা মহৈ মোক্ষগী মরমদা নী থিনা খঙবা, এত—মতৌ অস্থুম্না অমানিত্বদগী হৌহনবা তত্ত্বজ্ঞানার্থদর্শনম ফাওবা কুন অসিবু, জ্ঞানম ইতি প্রোক্তম=আত্মজ্ঞান ফংনবা সাধন (উপায়) ওইবা মরমদগী জ্ঞাননি অস্থুম্না হায়, অত অন্যথা যদ—মখোয়শিং অসি নত্তবা মানিত্ব দম্ভিত্ব নচিংবা (মশাবু থাগংপা, নাপল তৌহনবা চাউথোকপনচিংবা) (তদ) অজ্ঞানম=মহু পূম্নমক্তি অজ্ঞাননগী মশক্তি ।১১।

শ্লোক মঙাসিগী অপূনবা অর্থ—(১) গুণ লৈরবস্থ মশাবু থাগত্তবা (২) অতোপ্পী মকমদা মশাগী গুণ ফোঙদোক্তবা, (৩) হকচাং, পুক্নীং অমস্থুং নাহৈনবা অতোপ্পবু অন্নাবা পীবব (৪) মত্তোম্দা লাল্লকপা মীগী মরাল ঙাকপিহনবা লৈখা (৫) পুকচেল তিংবা, (৬) মোক্ষ ফংনবা উপায় তাকপিবা আচার্য্য (গুরু) গী পুক্নীং চঙবা সেবা তৌহনবা লৈবা (৭) পুক্নীং অমস্থ হকচাংবু শেংবা থ। (৮) মোক্ষ ফংনবা লম্বীদা পুক্নীং লৈত্তাবা থম্বা, (৯) পুক্নীং অমস্থ হকচা বু যত্তবা থবক্কগী লাকশিন্দুনবা থম্বা, (১০) ইন্দ্রিয়শিংগী ভোগ্য ওইবা পোংশি দা অপাম্বা লৈতবা (১১) ঐনা মফেম্লে হায়নবা নাপল তৌদবা, (১২) পোকপা শিবা, অহল ওইবা, অনা অয়েক পূম্নমকসি অন্নাবনি খঙহনবা মখোয়দা দোষ য়েংবা হায়বদি হন্না হন্না বিচার (নাখল) তৌবা ॥ ৮॥ ১৩) ইচা ইতু য়ুম কৈনচিংবদা হাক্লা পুক্নীং থিংজিন্দবা, (১৪) মতৌ অহুম্না ইতু ইচানচিংবগী অন্না মুংঙাইবদা ঐ নাবে অমস্থুং মুংঙাইরে হায়বসি থন্দবা (১৫) অপাম্বা পামদবা পোং ফংবদা পুক্নীং চপ মান্ননা মতম পূম্নমক্তা থম্বা ॥ ৯॥ (১৬) অহুগা কৃষ্ণ ঐবু "ঐগীনি হাযবসি কৃষ্ণ নত্তনা অতোপ্পা অমা লৈতে" হায়বসি লেপ্তুনা কদোইদস্থ লেঙলরোইদবা ভক্তি তৌহনা লৈবা (১৭) অচীকপা অশেংবা মফমদা লৈবা, (১৮) ভক্ত ওইদবা মীয়ামগী সভাদা চত্তবা ॥ ১০ ॥ (১৯) আত্মাতত্ত্বগা মন্নী লৈনবা জ্ঞানবু যংনবা মহুগী মরমদা মতম লৈবা খিবিক্তা বিচার তৌহনা লৈবা (২) অহুগা আত্মতত্ত্বগী জ্ঞান অহুদগী ফগদবা মহৈ মোক্ষগী মরমদা নী থিনা খঙবা মতৌ অস্থুম্না অমানিত্বদগী হৌহনবা তত্ত্বজ্ঞানার্থদর্শনম ফাওবা ২০ অসিবু আত্মজ্ঞান ফংনবা উপায় ওইবা মরমদগী জ্ঞাননি অস্থুম্না হায় মখোয়শিংসি নত্তবা মানিত্ব দম্ভিত্ব নচিংবা (মশাবু থাগংপা, নাপল তৌবনচিংবা) পূম্নমক অসি অজ্ঞাননগী মশক্তি ॥ ১১ ॥

অথুপ্পা বা

মী অয়াম্বনা মরল মথুম য়াম্না লৈবদগী চাউথোকই অমস্থুং তৌবা ঙম্নবদি য়াম্না নাপল তৌই। অহু চাউথোকপা, নাপল তৌবনচিংবা অসি মীগী লৈখা তানবা মরম ওই। মীনা

মী,থিবা বিচার তৌদবা মরমদগী মাগী নৈরিবা মরল মথুম পুম্নমক অহং মাগীনি হায়বা খল্লী। মসিদা বিচার খরদ, তৌহুনা য়েংলবদি মহ পুম্নমক অহু মাগীনি হায়বী,শোই। পোকপা মতমদা করিমত্ত পুরক্কুবা মশা মতোমতা লাকই অহংগা শিবা মতমদস্থ করিমত্ত পূদনা মশা মতোমতা চংখি। হিলিৎগী মতমদা অহান্বদা মাবা তৌজখিবা কর্ম্মগী মতু, ইন্না ফংলম্বা মরল মথুম পুম্নমক অহং অহংমক লৈহৌই মাবা মহুদগী পৈশা অমত্ত, ফাওবা পুহুনা চংপা ঙমদে। ফীবমসিদা লৈরিবা শেল থুম পুম্নমক অহংবু করম তৌবা মাগীনি হায়বা য়াগনি? অহংগা মহুনা মরম ওইহুনা চাউথোকপা অমস্থ, নাপল তৌবা য়াগনি? অশেংবা ললদি মাগা চংমিন্নবা য়াবা অহুদনি। মরম অসিনা চাউথোকপা অমস্থ, নাপল তৌবা থাদোক্লগা ব্যবহারদা (চংনবীদা) মাগীনি হায়বা লৈজবা মরল মথুম অহুনা অফবা থবক্তা শীজিন্নহুনা পুণ্য ফংনবা অমস্থ, মাবা য়োকপি থাকপিরিবা মী পুম্নমক্কী নুংঙাই-য়াইফবা হো নগদবনি। মতৌ অস্থন্না তানশিল্লিবা পুণ্যনচিংবা অহুদ, মাগী অশে বা মরলনি, শিরবা মতুংদস্থ মাবা মহুদ, পুহুনা চংকদবনি। অহুগা পাপ ওইবা থবকশিংবুদি ঙম্বা মখে হো নহুবা তৌরোইদবনি, মহ তৌরবদি মহুদগী ওইবা পাপশি হুস্থ শিরবা মতুংদা মাগী ওইবা শোয়দবা পুহুবা চংকনি অমস্থ মহুদগী মাবা অতোপ্পা মপোক্তা অরাবা ফংগনি। মরম অসিবা মশাগী য়াইফবা পাম্বা মীশিংনা চাউথোকপা অমস্থ, নাপল তৌবা থাদোক্কুনা মশাগী অশেংবা মশক করিমো হায়বসি খঙবনবা হোংন পদবনি। ঐখোয়বা সংসার।সদা মপোক মপোক খুদিংদা অরা অবা ক হুনা লৈরিবসিগী মরম ইশাগী অশেংবা মশক খঙদবনি। ইশাগী অশেংবা মশক খঙলবদি অমুক হন্না সংসারসিদা পোক্ল শিরা তোহুবা নৈররোই। মরম অসিনা ভাবান্না জীবশিংগী মথক্তা থোজ্ঞানবিহুনা মশাগী অশেংবা মশক খঙংবগী উপায় কুন অসিবু তাকপিবনি ॥ ৭ ১১ ॥

মথক্তা হায়খ্রিবা উপায়শিং আসনা মরম ওইহুনা খঙগদবা ক্ষেত্রজ্ঞ আত্মাগী অশেংবা মশক অহংবু শ্রীভগবান্না মথাগী শ্লোক তরক্ত তাকপিরি—

জ্ঞেয়ং যত্তৎ প্রবক্ষ্যামি যজ্জ্ঞাত্বাঽমৃতমশ্নুতে।
অনাদিমৎ পরং ব্রহ্ম ন সৎ তন্নাসদুচ্যতে ॥ ১২ ॥

**অন্বয ব্যাখ্যা :—** যৎ জ্ঞাত্বা—মোক্ষ পাম্বা মীশিংনা মহবু খঙলগা, অমৃতম =অমৃতগী মশক ওইবা (শিদবগী মশক ওইবা) মোক্ষবু অশ্নুতে=ফংই যৎ জ্ঞেয়ং=অসিগুম্বা খঙবদা মতীক চাবা তৎ প্রবক্ষ্যামি=অহুবু ঐ হায়গে, মহুদি অনাদিমৎ—অহৌবা লৈতবা হায়বদি করিগুম্বা মচাক অমদগী পোক্তবা পরং ব্রহ্ম—অথোইবা ব্রহ্মনি, তৎ—মহাক অহুদি ন সৎ=ফোঙদোক্তুবা উরি খঙলিবা পোংচৈশি অসি নত্তে, ন অসৎ—ফোঙদোক্তবা মরম্না লৈতে খঙলিবা পোংস্থ নত্তে, উচ্যতে—অস্থন্না হায়নৈ ॥ ১২ ॥

**অপুনবা অর্থ :—** মোক্ষ পাম্বা মীশিংনা মহবু খঙলগা অমৃতগী মশক ওইবা মোক্ষবু ফংই, অসিগুম্বা খঙবদা মতীক চাবা অহবু কৃষ্ণ ঐনা হায়গে। মহদি—অহৌবা লৈতবা ( পোকপা

শিবা লৈতবা ) ব্রহ্মনি। মহাক্তি কৈাঙদোক্লুবা লৈ হায়বা খঙনরিবা পোৎশিংসি মত্তে, অহুগা কোঙদোক্লবা মরম্না লৈতে হায়বা খঙলিবা পোংস্থ মত্তে অস্থুম্না ঋষিশিংনা হায়। ১২। ৺

অথুপ্পা বা

হকচাংনচিংবা অসিবু ঐনি হায়না খঙহনা লৈরিবা অমস্থং অস্তুকরণগী ( পুক্নীংগী ) অরা মুংঙাইনচিংবনুস্থ ঐগীনি হায়বা খল্লিবা ক্ষেত্রজ্ঞ জীবাত্মা অসিগী অশেংবা মশক্তি নিগুণ (গুণ লৈতবা ) অমস্থং পুম্নমক্কা শীনথুংনা লৈবা নিরাকার ( মওং লৈতবা ) ব্রহ্মমক্কি হায়বসিবু শ্রীভগবান্না শোক অসিদা তশেংতশেংনা তাকই। জীবনা মাগী অশেংবা মশকসিবু চিংনবা লৈতনা শংশংনা খঙলবতদা সংসারগী অরা অনা থাদোক্লুনা মুংঙাইবগী মশক ওইবা অমস্থং উপাধি অমত্তা লৈতবা ব্রহ্মদা তিল্লুনা মোক্ষ ফংগদবনি। শ্রুতিনস্থ অস্থুম্না হায়রি— "য এনমেবং বিদুরমৃতাস্তে ভবন্তি" —( শ্বে উ ৪। ২ )— "আত্মা অসিবু ব্রহ্মমক্কি অস্থুম্না খঙবা মখোয়শিংহ অমৃত ওই ( পোক্ল শিরা তোদে )। "এতদমৃতমভয মেতদ ব্রহ্ম" (ছা উ ৪।১৫।২)— "আত্মা অসি অমৃতনি, অকিবা লৈতবনি মসি ব্রহ্মনি।' অস্থুম্না জীবগী অশেংবা মশক ওইবা ব্রহ্মসি ইন্দ্রিয়শিংগী বিষয় ('হৌরম ) ওইনা কোঙদোকপা পোং মত্তে, অহুগা কোঙদোক্লবা পোংস্থ মত্তে অরী অসিদগী তোপ তোপ্পা অমা ওইনা লৈ। মরম অসিনা শ্রুতিনা অস্থুম্না হায়রি— "অন্যদেব তদ্বিদিতাদথো অবিদিতাদধি ('কে উ ১। ৩ )— "আত্মাগী মশক ওইবা ব্রহ্মসি খঙলিবা পোৎশিংদগী অতোপ্পা অমনি অহুগা খঙদবা পোৎশিংদগীস্থ অতোপ্পা অমনি।" মরম্ অাসদগী মহাক অশেংবা মওংদা পুক্নীং বাহৈনচিংবগী বিষয় ওইদে মশা মতোনতমক তান্নুনা লৈবা পোৎশক অমন। শ্রুতিনস্থ অস্থুম্না হায়রি— "যতোবাচো নিবর্ত্তন্তে অপ্রাপ্য মনসা সহ"। (তৈ উ ১। ৪। ১ )— "অশেংবা ব্রহ্মগী মশক ওইবা আত্মাসিবু ত্যকপা ওমদত্নুনা বাহৈশিং মনগা ( পুক্নীংগা ) লোয়নবা হন্দোকই। মসিগী মরমদি আত্মাগী অশেংবা মশক ব্রহ্মদা গুণ ক্রিয়া খবক) জাতি অমস্থং সম্বন্ধ (অতোপ্পগা মরী লৈনবা) মরিসিগী মখু দা অমত্তং কাওবা লৈতে। মরি অসি লৈবা পোত্তবু বাহৈনা হায়দোক্লুনা তাকপা ঙমই। ব্রহ্মদা গুণ লৈতে মহাক নিগুণনি — "সাক্ষী চেতা কেবলো নিগুর্ণশ্চ" (শ্বে উ ৬। ১১) —'ব্রহ্মগী মশক আত্মাসিদি সাক্ষীনি জ্ঞানগী মশক্কি, মতোমতনি অমস্থং গুণ অমত্ত লৈতবনি। মরম অসিনা কারগুম্না গুণ অমা লৌহুনা উপাধি লৈতবা অশেংবা ব্রহ্মবু বাহৈনা হায়দোকপা ঙমদে। মহাক নিক্রিয়নি ( লেঙ, খোংপ নচিংবা থবক অমত্ত তৌদবনি)। 'নিষ্কলং নিষ্ক্রিয়ং শান্তম্" (শ্বে উ. ৬। ১৯) "মহাকপু মচেং-মকার তানবনি ক্রিয়া লৈতবনি অমস্থং ভপ্রা লৈবনি।" মতৌ অস্থুম্না মঙ্গোম্না ক্রিয়া অমা লৌহুনা বাহৈনা তাকপা ঙমদে। অহুগা মহাক (ব্রহ্ম) মমান মন্তবদিনা মতৌন্দা জাতিসু লৈতে, জাতিদি ( শাগৈ কাওলুপ ) মমান ওইবা পোৎশিংদা লৈ মহুনি মাওইবা জাতি অসি মচিংবা। ব্রহ্মগী মরমদদি শ্রুতিনা হায়— "একমেবাদ্বিতীয়ম্" (ছা উ ৬। ২। ১) "ব্রহ্ম

সুপ্না অমত্তংদনি অনৌশুবা লৈতবনি।” মরম অসিনা মাগী জাতিদু লৌহুনা রাহৈনা মাবু তাকপা ঙমদে। মতৌ অহুম্না মাগা লোয়নবা সম্বন্ধ (মরী) সু লৈতে। শ্রুতিনা হায়রি— ‘অসঙ্গো হ্যয়ং পুরুষ (বৃ উ ৪।৩।১৫) ‘ককচাং শীনথুংনা লৈরিবা আত্মা অসি করি মত্তগা শম্নদে। মরম অসিদগী রাহৈনা মাবু (আত্মাবু) হায়দোকপা ঙমদে। শ্রুতিনা হায়— “নির্ব্বিশেষে পরানন্দে কথং শব্দ প্রবর্ত্ততে” (ক রু উ ১২)— “করিমত্ত অথোই অহেন নাইদবা (লৈতবা) অমসুং অথোইবা মুংতাইবগী মশক ওইবা ব্রহ্মগী মশক আত্মাসিদা রাহৈনা করম্না চঙবা য়াগনি? মরম অসনা মতাক্তি ফোঙহুনা লৈবা অমসুং ফোঙদনা লৈবা পোং নত্তে, মতা মতোমতা ঙাদুনা লৈবা পোং অমনি মাবু ঙা য়াকপা ঙম্বা অতাপ্পা পোং অমত্ত লৈতে।

অহুগা “অনাদিমৎ পরংব্রহ্ম” অম্নুম্না ভগবান্না হায়রিবসিদা কনা কনাগুম্বনা “অনাদি মৎপরং ব্রহ্ম” অম্না খাইদোক্লগা “মৎপরং ব্রহ্ম” কৃষ্ণ ঐগী মশক ওইবা অথোইবা শক্তি লৈবা ব্রহ্ম অম্নুম্না অর্থ তৌই। অহুবু মসি ওইথোক্তবনি, মরমদি ভগবান শ্রীকৃষ্ণ মশামক ব্রহ্মনি, ব্রহ্মগী শক্তি নত্তে ॥ ১২ ॥

মতৌ অম্নুম্না উপ বি করিমত্তা যাওদবা অমসু খঙগদবা অশেংবা ব্রহ্মহু ফোঙদোক্লনা লৈবা অমসুং ফোঙদোক্তনা লৈবা পো শিং নত্তে হায়রবদি অনৌসিদগী অতোপ্পা পোং অমা লৈতবা মরম্না শূন্য ওইগনি হায়না চিংনরবদা অশেংবা মওঙদা মহাক ফোঙদোকপা অমসুং ফোঙদোক্তবা পোং নল্লবসু মায়ানা শেম্বা অন্তঃকরণ ইন্দ্রিয়নচিংবা উপাধিশিংনা মরম ওইহুনা মশীং লাকঙমদবা চেতন ক্ষেত্রজ্ঞ আত্মা ওইহুনা ফোঙদোক্লনা লৈবা মরমদগী ক্ষেত্রজ্ঞসি ব্রহ্মমক্তি হায়বসিবু অম্নুম্না তাক্লি—

সর্ব্বত পাণিপাদং তৎ সর্ব্বতোঽক্ষিশিরোমুখম্।
সর্ব্বত শ্রুতিমল্লোকে সর্ব্বমাবৃত্য তিষ্ঠতি ॥ ১৩ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা**ঃ— ত খঙগদবা অশেংবা ব্রহ্মহু সর্ব্বত পাণিপাদং —মফম পূম্নমক্তা লৈবা খরায়পানবশিংগী মখুংদা চঙহুনা খুং খোঙ পানবশিং ওইনা লৈ, সর্ব্বত অক্ষিশিরোমুখম=পূম্নমক্তা মী, কোক অমসুং মায় পাল্লী সর্ব্বত শ্রুতিমৎ= মায়কৈ পূম্নমক্তা নাকোং পানবা ওইনা লৈ, মতৌ অম্নুম্না লোকে = তাইবঙপানসিদা, সর্ব্বং আবৃত্যতিষ্ঠতি = পূম্নমক্তা শীনযুংনা মহাক লৈ ॥ ১৩ ॥

**অপুনবা অর্থ**ঃ— খঙগদবা অশেংবা ব্রহ্মহু খরায়পানবা পূম্নমক্তা চঙহুনা খুং খোঙ পানবশিং ওইনা লৈ, পূম্নমক্তা মীং, কোক অমসুং মায় পাল্লী, মায়কৈ পূম্নমক্তা নাকোঙ পানবা ওইনা লৈ, মতৌ অহুম্না তাইবঙপানসিদা পূম্নমক্তা মহাক শীনথুংনা লৈ ॥ ১৩ ॥

অথূপ্পা বা

পরমাত্মানা শেম্বা তাইবঙসিদা অচেতন ওইবা (অচঙবা নত্তবা) করিগুম্বা পোৎ অমত্ত মত্তোমতা লেঙ ওত্তনবা থবক অমত্ত তৌবা ঙমদে মখোয়গী মনুংদা চেতন (অচঙবা পোৎ) চঙহনবা লৈরবতদা মখোয়না লেঙ ওত্তনবা থবক তৌবা ঙম্মি। মতৌ অসুম্না মখোয়গী মনুংদা চঙহনবা লৈরিবা চেতনহ ব্রহ্মনি। হকচাং, ইন্দ্রিয় নচিংবা ক্ষেত্রসিদা চঙহনবা ফোঙদোক্লগা লৈবা মরমদগী মাবু ক্ষেত্রজ্ঞ (হকচা নচিংববু থঙবা) কৌবনি। হকচাং ইন্দ্রিয় নচি বা উপাধিশিংসি লৈত্রবদি মহাক অশেংবা ব্রহ্মগী মশক ওইনা লৈ সূপ্পা ব্যবহারগী মতমদা উপাধি ওইবা হকচাং নচিংবনা খোঙ খূৎ মীৎ নাকোঙ নচিংবা পানবা ওইনা উবদনি। পরমাত্মানা হকচাংদা জীব ওইনা লৈ হায়বসিবু শ্রুতিনসু অসুম্না তাক্লি—"অনেন জীবেনাত্মনাহনুপ্রবিশ্য নামরূপে ব্যাকরবানি" (ছা উ ৬।৩।২)— "জীবাত্মাসিগী মশক ওইনা হকচা শিংদা চঙলগা মিং অমসুং মঙওশিংবু ঐনা (পরমাত্মানা) শন্দোকে।' "তৎ সৃষ্ট্বা তদেবাহনু প্রাবিশৎ" (তৈ উ ১।৬)—"পরমাত্মানা হকচাংবু শেম্নগা হকচাংহুমক্তদা মহাক চঙপ্রে। পরমাত্মানা হকচাং নচিংবা তাইবঙ পূম্নমকপু শেম্বসিসু মাগী অশেংবা মওং মশক্ত লৈরগা শেম্বা নত্তে মাগা পূম্নমকপু তৌবা ঙম্বী মায়া শক্তিবু উপাধি ওইনা লৌরগা শেম্বনি। মায়া শক্তিগী মরমদা শ্রুতিনা অসুম্না হায়রি—"পরাস্য শক্তির্বিবিধৈব শ্রূয়তে স্বাভাবিকী জ্ঞান বল ক্রিয়া চ। (শ্বে উ ৬।৮) 'পরমাত্মাগী মায়াগী মশক ওইবী খ্বাইদগী অথোইবা শক্তিহ হোরশা ওইনা জ্ঞান পাঙ্গল অমসুং ক্রিয়া অসুম্না মখল মখা য়াম্না লৈ হায়না তায়।"

মরম অসিনা ক্ষেত্রজ্ঞ জীবাত্ম সিগা অশেংবা মশক ব্রহ্মমক্লি সূপ্পা অন্ত করণ ইন্দ্রিয় নচি বা উপাধিনা মরম ওইহনা হকচাংগী নুংদা তোপ্পা "এ' হায়বা বাহৈসিনা থঙনবদনি। মতৌ অসুম্না শ্রীভগবাননা শ্লোক অসিদা হায়রিবা বাসিবু শ্রুতিনসু অসুম্না হায়রি—"সর্ব্বাননশিরোগ্রীব সর্ব্বভূতগুহাশয়" (শ্বে উ ৩। ১)— পরমাত্মাহ মায় মীৎ কোক অমসুং চকশম পূম্নমক লৈবনি, মহাক থরায়পানবা পূম্নমক্কী হৃদয়দা (অন্ত করণগী মশক ওইবা পুক্নীংদা) লৈ।' "সর্ব্বত পাণিপাদং তৎ সর্ব্বতোক্ষিশিরোমুখম্" (শ্বে উ ৩।১৬) মন্ত্র সবু শ্রীভগবানা মকম সিদা (১৩ শুবা অধ্যায়সিদা) হায়রি ॥ ১৩ ॥

মতৌ অসুম্না থঙগদবা ব্রহ্মহ অন্ত করণ ইন্দ্রিয় নচিংবা উপাধিশিংবু লৌরগা ক্ষেত্রজ্ঞ ওইনা ফোঙদোকই হায়বসি তাক্লগা হোংজক মাগী অশেংবা মওং অহবু তাকপা হৌই—

সর্ব্বেন্দ্রিয়গুণাভাসং সর্ব্বেন্দ্রিয়বিবর্জ্জিতম্।

অসক্তং সর্ব্বভৃচ্চৈব নির্গুণং গুণ ভোক্তৃ চ ॥ ১৪ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— সর্ব্বেন্দ্রিয়বিবর্জিতম = খ্ৱাইগদবা ব্রহ্মহ্ অশেংবা মওঙদা ইন্দ্রিয় অমত্তা (লৈতবনি, অদুমক ওইদুনসু মায়াদা মরম ওইদুনা সর্ব্বেন্দ্রিয়গুণাভাস =মপাম্বগী মীং নাকোং-লচিবা অদুগা অন্তঃকরণ ওইবা মনুংগী বুদ্ধি অমসুং মন অসি পুম্নমক্তা থবক য়েংবা, তাবা, খঙবা মীংনচিবা মসি পুম্নমকসিগী তৌবা (থবক তৌবা মী) ওইনা মহাক্তা ফোঙদোকই অসক্তং = অশেংবা শক্তমদা মহাক কনা অমত্তগা মরী লৈনদে, চ এব = অদুমক ওইদুনসু সর্ব্বভৃৎ= পুম্নমক্তা চঙজকম ওইদুনা তাইবঙ অসিবু পুদুনা লৈ নিগুণং = সত্ত্ব, রজ অমসুং তম গুণ অহুমসি লৈতবা মহাক্কি গুণভোক্তৃ চ = অদুবু সত্ত্ব নচিংবা গুণ অহুমসিদগী ওইরকপা সুংঙাইবা অরাব নচিংবা পুম্নমক্তা চাবা ওই ॥ ১৪ ॥

অপুনবা অর্থ — খ্ৱাইগদবা ব্রহ্মসি অশেংবা মওঙদা মীং, নাকোং নচিংবা ইন্দ্রিয় পুম্নমক লৈতবনি হায়বদি ইন্দ্রিয় অমত্তা লৈতে (পাম্দে) অদুবু মায়ানা মরম ওইদুনা মপাম্বগী মীং, নাকোং নচিবা ইন্দ্রিয় অদুগা অন্তঃকরণ ওইবা মনুংগী বুদ্ধি অমসুং মন মসি পুম্নমক্তা থবক য়ৌবা তাবা খঙবা মীংনচিংবসিগী অতৌবা মী ওইনা মহাক ফোঙদোকই, অশেংবা শক্তমদা মহাক কনা অমত্তগা মরী লৈনদে অদুবু পুম্নমক্তা চঙজকম ওইদুনা তাইবঙসিবু পুদুনা লৈ অদুগা সত্ত্ব, রজ অমসুং তম গুণ অহুমসি লৈতবা মহাক্কি অদুমক ওইদুনসু সত্ত্বনচিংবা গুণ অহুমসিদগী ওইরকপা সুংঙাইবা অরাবনচিবা পুম্নমক চাবা ওইনা লৈ ॥ ১৪ ॥

অথুপ্পা বা

শ্রীখোয়নবা ইশামক্কি খ্ৱাইগদবা ব্রহ্মসি অশেংবা শক্তমদা মায়ানা শাবা মীং, নাকোংনচিবা ইন্দ্রিয় পুম্নমকসি অমত্তা লৈতবনি মাদি আকাশগী (অতিয়াগী) মতৌগুম্না মফম পুম্নমক্তা শীনথুংনা লৈরিবনি। অদুবু অন্তঃকরণ ওইবা উপাধি লৈবদগী হকচাং ইন্দ্রিয়নচিংবগা শম্নদুনা লৈবগুম তৌবনি (মাগা শম্নবগুম তৌবা পোত্তা মাগী মতৌক মগুণবু উহনবা ফোঙদোকপা ঙম্বা পোং উপাধি কৌই)। অসিগুম্না উপাধি ওইবা অন্তঃকরণ অমসুং ইন্দ্রিয়শিনা মরম ওইদুনা মহাক্তা তাবা চৎপা, মীংনচিংবা থবক পুম্নমক তৌই তৌইগুম্বসু অশেংবা মওঙদদি মহাক করিমত্ত তৌদে। মরম অসিদগী শ্রুতিনা হায়রি— "ধ্যায়তীব লেলায়তীব" (বৃ উ ৪।৩।৭) "মহাক ধ্যান তৌবগুম তৌই, লেঙ খোংপগুম তৌই।" মসিদা "ইব—গুম হায়বা ৱাহৈসিনা অশেংবমক্তা মহাক করিমত্তা তৌদে হায়বসি তাকই। মরম অসিনা অতোপ্পা শ্রুতিনা মহাক্তী অশেংবা মওংপু অস্থুম্না তাক্লি— "অশব্দো নির্বিদ্রিয়োঽপ্রাণোঽমনা সচ্চিদানন্দ মাত্র" (নৃ উ উ ৭)— "ব্রহ্মগী মশক ওইবা আত্মাসি হকচাং লৈতবনি, ইন্দ্রিয় লৈতবনি, প্রাণ লৈতবনি, মন লৈতবনি সুপ্পা সং-চিং আনন্দগী মশক্নি। মরম অসিনা মহাক ইন্দ্রিয়শিংগী থবকশিংদা থবক তৌবনি হায়বা য়াদে। অতোপ্পা শ্রুতি অমনসু অস্থুম্না হায়রি— অপানিপাদো জবনো গৃহিতা,

পশ্যত্যচক্ষুঃ স শৃণোত্যকর্ণঃ।" (শ্বে উ ৩।১৯)— "মহাক খোঙ খুং লৈতবনি, অদুবু খোঙ খুং লৈবা উপাধিনা মরম ওইদুনা য়াম্না কন্না চৎলী অমসুং লৌই, মহাক মীৎ লৈত্রবসু য়েংই (উই) অমসু, নাকো, লৈত্রবসু তায়।" মতৌ অদুম্না মহাক কনা অমত্তগা শম্নদবা (মরী লৈনদে) মতম পুম্নমক্তা ভোঙাম্না শেংনা লৈ। মসিবুসু শ্রুতিনা অসুম্না তাক্লি— "অসঙ্গো হ্যয়ং পুরুষঃ" (বৃ উ ৪।৩।১৫)— "হকচাংগী মশক ওইবা কে,নু,সিদা লৈরিবা আত্মাসি কনামত্তগা শম্নদে।" অদুনা থৌরমকক্ত মাগা করিমত্তা শম্নদবা লিল উবগী মতৌগুম্না কনামত্তগা শম্নদবা (মরী থমদবা) মঙোন্দা (ব্রহ্মদা) তাইবঙ পুম্নমকসি উৱিবনি অমসু, মানা পুদুনা লৈবগুম তৌরিবনি। মরম অসিনা শ্রুতিনা হায়রি—

'ব্রহ্মৈব সর্ব্বনামানি রূপাণি বিবিধানি চ।
কর্ম্মাণ্যপি সমগ্রাণি বিভর্তীতি বিভাবয়॥

(যোগশি উ ৪।৬)

"ব্রহ্মমক্না মি লৌদুনা লৈব পোৎ পুম্নমক, মখল মখা অম্নাম্না মঙ৩ শৈবা পোৎ অমসু কর্ম্ম (থবক) পুম্নমকসিবু পুদুনা লৈরিবনি হায়বা পুক্নী,দা লেপ্পা থওউ।'

মরম অসিনা ঐশ্বোয়বা অসিগুম্না ব্রহ্মসিবু ইশামক্লি হায়বসি যাম্না থাজনা থওবনবা হোৎনগদবনি। অদুগা শ্লোকসিদা শ্রীভগবান্না হায়রিবা অজানবা শরুক অসিদি শ্রুতিদসু শৈ -

"সর্ব্বেন্দ্রিয়গুণাভাসং সর্ব্বেন্দ্রিয়বিবর্জ্জিতম্"

(শ্বে উ ৩।১৭) ॥ ৪॥

অচৎ চত্ত তাইবঙ পুম্নমকসিসু ব্রহ্মমক্লি, মঙোন্দগী অতোপ্পা নত্তে হাযবসিবু হৌজিক ভগবান্না অসুম্না হায়রি—

বহিরন্তশ্চ ভূতানামচরং চরমেব চ।
সূক্ষ্মত্বাত্তদবিজ্ঞেয়ং দূরস্থং চান্তিকে চ তৎ॥ ১৫॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— তৎ=খওগদবা ব্রহ্মহু ভূতানাং=অচৎ চত্ত তাইবঙ পুম্নকসিগী, বহিঃ—মপান্দা অন্তঃ চ=অমসু মমু,দা শীবথূ,না লৈ, মরম অসিনা— অচরং চরং এব চ=লেঙদবা লৈবা অদুগা লেঙথুনা লৈবা (অচৎ চত্ত) থরায়পানবা পুম্নমকসি মহাকমক্লি অতোপ্পা অমা নত্তে, অদুমক ওইদুমসু — সূক্ষ্মত্বাৎ=য়াম্না কুপ্পা মরম্না, অবিজ্ঞেয়ং=মসি মতুমক্লি হায়না খঙবা য়াদে, মরম অসিনা আত্মজ্ঞান কংনবা সাধন লৈতবা অজ্ঞানীশিংগীদি তৎ—মহাক (ব্রহ্ম) দূরস্থং—য়াম্না থাপ্পা লৈবগুম তৌই, চ—অদুগা, আত্মজ্ঞানগী সাধন লৈবা জ্ঞানীশিংগীদমক্তি, অন্তিকে—মশামক ওইনা য়াম্না নক্না লৈ॥ ১৫॥

**অপুনবা অর্থ :**— খণ্ডগদবা ব্রহ্মহ্ অচৎ চত্তা তাইবঙ পুম্নমকসিগী মনুং মপান শীনবা লৈ, লেঙদবা অমস্ত্ লেঙ-খোত্ত না লৈবা থরায়পানবা পুম্নমকসি মশামক্তি অহুবু য়াম্না কুপ্পা মরম্না মসি মহুমক্তি হায়না খঙবা য়াদে, মরম অসিনা আত্মজ্ঞান ফংনবা সাধন লৈতবা অজ্ঞানীশিংগীদি মহাক য়াম্না থাপ্পা লৈবগুম তোই অদুগা আত্মজ্ঞানগী সাধন লৈবা জ্ঞানীশিংগীদমক্তদি মহাক মখোয়গী মশানক ওইনা য়াম্না নক্পা লৈ। ১৫ ॥

অথুপ্পা বা

সনাবা শাবা থুজি থুদোপ্পচিংবদা মনুং মপাল অনীমক সনানক্তা ওইনা শে সনাদগী অতোপ্পা পোৎ ওইনা অমণ্ডা লৈতে। মতৌ অদুম্না অচ চত্তা তাইবঙ পুম্নমকসি ব্রহ্মদা চঙজহুনা লেবা মায়াগী থবক ওইবা মরমদগী চঙজফম ওইবা ব্রহ্মদা খোয়রী মকক্তা উবা লিবগুম্না লেরিবান। মরম অসিনা তাইবঙপানসিগী মনুং অমস্তং মপান্দা ব্রহ্ম লৈ অদুগা খোয়রী মকক নত্তনা লিন লৈতবগুম্না ব্রহ্ম নত্তনা তাইবঙপানসিস্থ লৈতে স্পপ্পা অজ্ঞাননা মরম ওইহুনা ব্রহ্মদা তাইবঙপানবু উবতানি মঙদা জীবাত্মা নত্তনা মঙগী পোৎ অমত্তা লৈতে অহুবু তুম্বনা মরম ওইহুনা জীবাত্মাদা মঙগী পোৎশিং উবতনি। মতৌ অহুম্না ব্রহ্ম নত্তবা পোৎ অমত্তা লৈত্রবস্থ মাযানা মরম ওইহুনা তাইবঙপানসি ব্রহ্মদা উবনি। মরম অসিনা শ্রুতিনা হায়রি—"তদন্তরস্য সর্ব্বস্য তদু সর্ব্বস্যাস্য বাহত্য" (ঈশা উ ৫)—"মহাক (আত্মতত্বগী মশক ওইবা ব্রহ্ম) তাইবঙ পুম্বসিগী মনুংদা থম্না লৈ অদুগা তাইবঙপুম্বসিগী মপান্দস্থ মহাক লৈ।" মতৌ অস্তুম্না মহাক মক্তা ওইনা অচৎ চত্তা তাইবঙপুম্বসি লৈরবস্থ মাবু অজ্ঞাননা কুপ্পুনা লৈবা মরম্না অজ্ঞানীশিংনা উবা অমস্তং খঙবা ঙমদে। মরম অসিদগী মহাক অজ্ঞানীশিংদগী য়াম্না থাপ্পা লৈবগুম তোই, অদুগা জ্ঞানীশিংগীদি য়েংউ য়েংউবা মফমদা মহাক নত্তনা অতোপ্পা অমা উদবা খঙদবা মরমদগী য়াম্না নক্পা মশামক ওইনা লৈ।

মরম অসিনা জ্ঞানীশিংগী অশেংবা মীয়েংবু লৌহুনা শ্রুতিনা হায়রি— "আত্মৈবেদং সর্ব্বম্" (ছা উ ৭।২৫।২)"— পুম্নমকসি আত্মামক্তি।" "ব্রহ্মৈবেদং সর্ব্বম্" (বৃ উ ২।৫।১) — পুম্নমকসি ব্রহ্মমক্তি।" "দূরাৎসুদূরে তদিহান্তিকে চ, পশ্যৎস্বিহৈব নিহিতংগুহায়াম্॥" (মু উ ৩।১।৭)—"ব্রহ্মতত্বহ্ অজ্ঞানীশিংগীদি থাপ্পদগীস্থ য়াম্না থাপ্পা লৈ অদুগা জ্ঞানীশিংগীদি মহাক য়াম্না নক্পা মফম অসিদা লৈ মরমদি মাবু উবনা (খঙলবা) জ্ঞানীশিংদদি মহাক হৃদয়গী মশক ওইবা গুফামক্তদা লৈ ॥ ১৫ ॥

হকচাং থুদিংমক্তা আত্মা খেন্নবা (তোঙান তোঙানবা মশক ওইনা) লৈবা মরম্না মহাক মশীং লাকঙমদবনি হায়বা সিদ্ধান্ত অসিবু ককথত্তুনা আত্মাসিদি তশেং তশেংনা অমথক্তনি হায়বসিবু তাক্নে হায়হুনা শ্রীভগবান্না অস্তুম্না হায়রি—

অবিভক্তং চ ভূতেষু বিভক্তমিব চ স্থিতম্।
ভূতভর্তৃ চ তজ্জ্ঞেয়ং গ্রসিষ্ণু প্রভবিষ্ণু চ॥ ১৬॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা :—** ক্ষেত্রজ্ঞগী মশক ওইবা লৈবা আত্মতত্ত্ব অসিদি, ভূতেষু—অচং চম্ত থবায় পানবা পুম্নমক্কী মনুংদা, অবিভক্ত—খায়দোকপা তৌদনা অমত্তংদনি চ=অদুবু বিভক্তং ইব স্থিতম=হকচাং খুদিংদা উপাধি ওইবা অন্ত করণশিং খেন্নবদগী তোঙাম-তোঙান্না লৈবগুম তৌই চ=অদুগা (মহাক ব্রহ্মদগীনু অতোপ্পা নত্তে) মরমদি— ভূতভর্ত্তৃ—অচং চম্ত তাইবং পুম্নসিবু ঙাকপী-শেনবীবনি গ্রসিষ্ণু=প্রলয়গী মতমদা (লৈ মাংবা মতমদা) পুম্নমকসিবু মাংহনবীবনি প্রভবিষ্ণু চ=অদুগা সৃষ্টিগী মতমদা (লৈশেম্বা মতমদা) পুম্নমকপু পোকহনবীবনি তৎ জ্ঞেয়ং= অসিগুম্বা আত্মতত্ত্বসিবু খঙগদবনি॥ ১৬॥

**অপুনবা অর্থ :—** ক্ষেত্রজ্ঞ ওইবা আত্মতত্ত্বসি অচং-চম্ত থবায়পানবশিংগী মনু দা খেন্নবা তৌদনা অমত্ত দনি অদুবু হকচাং খুদি দা উপাধি ওইব অন্ত করণশিং খেন্নবদগী তোঙাম তোঙান্না লৈবগুম তৌই অদুগা মহাক ব্রহ্মদগীনু অতোপ্পা নত্তে মরমদি মহাক অচং চম্ত তাইবং পুম্নমকসিবু ঙাকপী শেনবীবনি প্রলয়গী মতমদা পুম্নমকসিবু মাংহনবা মতোম্দা তিললনবীবনি অমম্তুং সৃষ্টি মতমদা পুম্নমকসিবু মতোম্দগী পোকহনবীবনি অসিগুম্বা আত্মতত্ত্বসিবু খঙগদবনি॥১॥

অথুপ্পা বা

সাংখ্য, বৈশেষিক, নৈয়ায়িক নচি বা পুম্নমকসিন ক্ষেত্রজ্ঞ আত্মাবু হকচাং খুদিংমক্তা অমমম ওইনা (তোপ্পা তোপ্পা) মশীং লাকহনদবনি হায়বা য়াই। অদুব মখোয়না অস্তুম্না য়াবসি চুমদে অশে বদা আত্মা অমত্তনি। আকাশ অমত্ত ওইরবসু য়ুম কৈ নচিংবা উপাধি খেন্নবদগী মখোয়গী মনুংদা চঙহনা লৈবা আকাশ ময়াম ওইরনা খেন্নবগী মতৌগুম্না অমত্ত ওইবা অমম্তু মকম পুম্নমক শীনথুংবা লৈবা আত্মা হকচাং খুদিংমক্ত অন্ত করণ উপাধিশিং খেন্নবদগী মখোয়দ চঙহনা ময়াম ওইনা উবত্তনি। মরম অসিনা শ্রুতিনা তাক্লি—

"একোদেবঃ সর্ব্বভূতেষু গূঢ়ঃ
সর্ব্বব্যাপী সর্ব্বভূতান্তরাত্মা।" (শ্বে উ ৬। ১১)

—"থবায় পানবা পুম্নমক্কী মনু দা আত্মদেব অমত্ত থুপ্পুনা লৈ, মহাক পুম্নমক্তা শীনথুংনা লৈ অমম্তুং থবায় পানবা পুম্নমক্কী মনুংগী আত্মানি।"

অসিগুম্বা থবায়পানবা পুম্নমক্কী অমত্ত ওইবা আত্মাসি ব্রহ্মদগী অতোপ্পা নত্তে, মহাক ব্রহ্মনক্লি, মহাকনক্লা তাইবংপানসিবু ঙাকপীবনি, মাংহনবনি অমম্তুং শাগৎপনি। মসি পুম্নমকসিবু শ্রীভগবান্না শ্লোক অসিদা তাকই। মরম অসিনা শ্রুতিনা হায়রি—

উপাদানং প্রপঞ্চস্য ব্রহ্মণোঽন্যন্ন বিদ্যতে।
তস্মাৎ সর্ব্বপ্রপঞ্চোঽয়ং ব্রহ্মৈবাস্তি ন চেতরৎ ॥
(যো শি উ ৪।৩)

"শব্দোক্তা লৈরিবা তাইবঙপানসিগী শেম্বী শাবীবা মচাক ব্রহ্ম মত্তনা অতোপ্পা অমা লৈতে। মরম অসিনা শব্দোক্তা লৈরিবা তাইবঙপানসি ব্রহ্মমক্তি অতোপ্পা নত্তে॥" মরম অসিদগী অসি শুদ্ধা আত্মতত্ত্বসিবু চিংনবা লৈতবা ব্রহ্মমক্তি খঙলগা পোকপগী মহৈ য়াংলহনগদবনি॥ ১৬।

আত্মতত্ত্বগী মশক ওইবা খঙগদবা ব্রহ্মসি জ্ঞানগী মশক্তি, মহাক্তা অচেতন ওইবা পোৎ পুম্নমকপু ভাস্বোক্নবা থম্লিবনি হায়বসিবু অস্তুম্না তাক্লি—

জ্যোতিষামপি তজ্জ্যোতিস্তমসঃ পরমুচ্যতে।
জ্ঞানং জ্ঞেয়ং জ্ঞানগম্যং হৃদি সর্ব্বস্যবিষ্ঠিতম্॥ ১৭॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — তদ =আত্মতত্ত্বগী মশক ওইবা জ্যোতিষা অপি=নুমিৎ থা, মৈ নচিংবা মঙাল পীবা পোৎশিংগীসু জ্যোতি =মঙাল পীবিবনি তমস পরম—অমম্বগী মশক ওইবা অজ্ঞানগী য়ায়া থাপ্পা (করিমত্ত শমুদবা) লৈবনি উচ্যতে=অস্তুম্না শ্রুতিনচিবনা হায় জ্ঞানং=মহাক জ্ঞানগী মশক্তি (চেতননি) জ্ঞেয় =খঙগদবা আত্মতত্ত্বনি জ্ঞানগম্যং=জ্ঞানগী সাধন ওইবদগী জ্ঞান ওইনা হায়খিবা অমানিত্ব (চাউথোকপা তৌদবা) নচিংবা উপায়শিংনা খঙবা য়াবনি সর্ব্বস্য=থবায়পানবা পুম্নমক্কী, হৃদিবিষ্ঠিতম—থম্মোয়দা কোঙদোক্নবা লৈবনি॥ ১৭॥

**অপুনবা অর্থ :**— আত্মতত্ত্বগী মশক ওইবা ব্রহ্মনু নুমিৎ, থা মৈ নচিংবা মঙাল পীবা পোৎশিংগীসু মঙাল পীবনি অমম্বগী মশক ওইবা অজ্ঞানদগী য়ায়া থাপ্পা লৈবনি অস্তুম্না শ্রুতি নচিংবনা হায়। অদুগা মহাক জ্ঞানগী মশক্তি খঙগদবা আত্মতত্ত্বনি জ্ঞানগী সাধন ওইনা হায়খিবা অমানিত্ব-নচিংবা উপায়না খঙবা য়াবনি অমসুং থবায়পানবা পুম্নমক্কী থম্মোয়দা কোঙদোক্নবা লৈবনি॥ ১৭॥

**অশুপ্পা বা**

মঙাল লৈবা পোৎ অসি অহিংবা হিংদবা (চেতন অমসুং অচেতন) থেন্নবদগী অনীথোক্তা থায়রি। মদুদা অচঙবা (অহিংবা) মঙাল লৈবা পোক্তি সুপ্পা আত্মতত্ত্বগী মশক ওইবা ব্রহ্মমক্তনি। মহাক জ্ঞানগী মশক ওইনা মশা মতোমদা ভান্দুনা লৈ, মাবু ভাস্বোকহন্নবা অতোপ্পা মঙাল অমা লৈতে। অদুগা চঙদবা (থবায় পান্দবা—অচেতন ওইবা) মঙাল লৈবা পোক্তি নুমিৎ, থা, মৈনচিংবা পুম্নমক অসিনি। মথোয় মঙাল লৈবা পোৎ ওইরবসু মশা মতোমতা ভাস্বোকপা ঙমদে, জ্ঞাননা মথোয়বু ভাস্বোকহল্লগা মথোয় অঙাননা পোৎনি হায়না খঙবনি। মন্নবদি মথোয়

চহী লীশিং লীশিং ভান্দুনা লৈরবস্মু ভান্দবগা চপ মান্ননা অয়েঙ্বদা লৈ। ব্রহ্ম চৈতন্যনা মখোয়বু ভাস্বোকপিরবতদা মখোয় অভাবনা পোংনি হায়বসি সিদ্ধ ওই। মরম অসিনা শ্রুতিনা হায়রি— "যেন সূর্য্যস্তপতি তেজসেদ্ধঃ" (তৈ ব্রা ৩।১২।৯)— "পরমাত্মাগী মশক ওইবা মঙালদুনা চাকখংহন্দুনা নুমিৎনা অশাবা পী।" "তমেব ভান্তমনুভাতি সর্ব্বং তস্যভাসা সর্ব্বমিদং বিভাতি।" (কঠ উ ২।২।৫) "পরম আত্মনা ভাস্বোক্তুনা লৈরবদা পুম্নমকসি ভান্দুনা লৈরিবনি, মহাক্কী মঙাল্না মরম ওইদুনা নুমিৎ থানচিংবা পুম্নমক ঙালিবনি।"

মরম অসিনা ভগবান মশামক্না তুংদা অস্মুম্না হায়রক্নি—

"যদাদিত্যগতং তেজ" (গীতা ১৫।১২)— "নুমিত্তা লাকইবা মঙালদু কৃষ্ণ ঐগীনি।" মতৌ অস্মুম্না আত্মতত্ত্বগী মশক ওইবা খঙগদবা ব্রহ্মসি মতম পুম্নমক্তা মশা মতোমদা ভান্দুনা লৈবা মরম্না মহাক অমম্বগী মশক ওইবা অজ্ঞান্দগীস্মু য়াম্না থাপ্না লৈ। মরম অসিনা শ্রুতিনা তাক্লি— "আদিত্যবর্ণং তমসঃ পরস্তাৎ" (শ্বে উ ৩।৮)— "মহাক নুমিৎকী মতৌগুম্না ভান্দুনা অজ্ঞানগী মশক ওইবা অমম্বদগী য়াম্না থাপা লৈ।" ॥ ৭।

মতৌ অস্মুম্না মথক্তা হায়প্রিবা ক্ষেত্র (হকচাংনচিংবা) ক্ষেত্রজ্ঞ (জীবাত্মা) অসিনচিংবশিংগী য়ারম লোইশিন্দুনা মখোয়বু খঙবগী মহেৎবু অস্মুম্না তাক্লি—

ইতি ক্ষেত্রং তথা জ্ঞানং জ্ঞেয়ংচোক্তং সমাসতঃ।
মদ্ভক্ত এতদ্বিজ্ঞায মদ্ভাবায়োপপদ্যতে ॥ ১৮।

অন্বয় ব্যাখ্যা :— ইতি=মতৌ অস্মুম্না ক্ষেত্রং=মহাভূত তগী শোইদুনা হকচা ইন্দ্রিয়নচিংবা তথা=মতৌ অস্মুম্না জ্ঞানং=আত্মতত্ত্ব খঙনবা সাধন ওইনা হায়খিবা অমানিত্ব নচিংবা (চাউথোক্তবনচিংবা) চ=অমসুং জ্ঞেয়ং=আত্মাগী মশক ওইনা খঙগদবা ব্রহ্মগী অশেংবা মশক মসি পুম্নমকসি— সমাসত উক্তম=শম্না মথক্তা হায়খ্রে মদ্ভক্ত=সাক্ষাৎ পরমাত্মা কৃষ্ণ এগী ভক্ত ওইবা মীনা, এতৎ বিজ্ঞায=অস্মুম্না মথক্তা হায়খিবা ক্ষেত্র, জ্ঞান অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞ অছুমসিবু ভোঙান ভোঙাম্না নীংথিনা খঙলগা মদ্ভাবায়=কৃষ্ণ এঙোন্দা তিনবগী মশক ওইবা মোক্ষবু, উপপদ্যতে=ফংই ॥ ১৮ ॥

অপুনবা অর্থ :— মতৌ অস্মুম্না ক্ষেত্রগী মশক ওইবা মহাভূত মঙাদগী শোইদুনা হকচাং ইন্দ্রিয়নচিংবা মতৌ অদুম্না আত্মতত্ত্ব খঙনবা সাধন ওইনা হায়খিবা অমানিত্ব নচিংবা (চাউথোক্তবনচিংবা) অমসুং আত্মাগী মশক ওইবা খঙগদবা ব্রহ্মগী অশেংবা মশক মসি পুম্নমক অসি শম্না মথক্তা হায়খ্রে। কৃষ্ণ ঐগী ভক্ত ওইবা মীনা অস্মুম্না মথক্তা হায়খিবা ক্ষেত্র, জ্ঞান অমসুং জ্ঞেয় অছুম অসিবু ভোঙান ভোঙাম্না নীংথিনা খঙলগা, কৃষ্ণ এঙোন্দা তিনবগী মশক ওইবা মোক্ষবু ফংই। ১৮ ॥

মতৌ অমুম্না ক্ষেত্রগী মশক ওইবা প্রকৃতি অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞগী মশক জীবাত্মাগী মশক হায়রগা হৌজিক শ্লোক অনীমা মখোয় অনীসি সংসারসিগী মরম করম্না ওইবগে হায়রবহু তাক্লি —

প্রকৃতিং পুরুষং চৈব বিদ্ধ্যনাদী উভাবপি।
বিকারাংশ্চ গুণাংশ্চৈব বিদ্ধি প্রকৃতিসম্ভবান্ ॥ ১৯ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — প্রকৃতিং=ক্ষেত্রগী মশক ওইবা অহুগা সত্ত্ব, রজ অমসুং তম গুণ অহুমসিগী মশক ওইবা প্রকৃতি, চ=অমসুং, পুরুষং=ক্ষেত্রজ্ঞগী মশক ওইবা জীবাত্মা, উভৌ অপি=অনীসিমক্পু অনাদী বিদ্ধি=অহৌবা করিগুম্বা মচাক অমদগী পোকপা নত্তে খঙউ, চ=অহুগা বিকারান্=মীৎ নাকোংঅচিংবা জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা খোঙ-খুৎঅচিংবা কর্মেন্দ্রিয় মঙা মন অমসুং পৃথিবীমচিংবা ভূত মঙা মতৌ অমুম্না থবক ওইবা লৈবা মখোয় তরাতরুক, চ=অহুগা, গুণান=সত্ত্ব, রজ অমসুং তম গুণ অহুমসিদগী ওইবা নুংঙাইবা, অবাবা অমসুং শুমহৎপা মখোয় পুম্নমকসিবু, প্রকৃতিসম্ভবান এব বিদ্ধি=মায়াগী মশক ওইবা প্রকৃতিদগী পোকপমক্লি হায়বসি খঙউ ॥ ১৯ ॥

**অপুনবা অর্থ** — ক্ষেত্রগী মশক ওইবা পোকপী প্রকৃতি অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞগী মশক ওইবা জীবাত্মা অনী অসিমকপু অহৌবা মচাক অমদগী পোকপা নত্তে হায়না খঙউ। অহুগা জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা কর্মেন্দ্রিয় মঙা মন অমসুং পঞ্চভূত (পৃথিবীমচিংবা) মতৌ অমুম্না থবক ওইবা লৈবা মখোয় তরাতরুক অহুদা সত্ত্ব রজ অমসুং তম গুণ অহুমদগী ওইবা নুংঙাইবা অবাবা অমসুং শুমহৎপা মখোয় পুম্নমকসিবু মায়াগী মশক ওইবা প্রকৃতিদগী পোকপমক্লি হায়বসি খঙউ ॥ ১৯ ॥

হৌজিক প্রকৃতিগী থবকশিংবু তাক্লুনা ক্ষেত্রজ্ঞ জীবাত্মাগী সংসারগী মরম ওইরিবসিবু অমুম্না তাক্লি—

কার্য্যকরণকর্তৃত্বে হেতুঃ প্রকৃতিরুচ্যতে।
পুরুষঃ সুখদুঃখানাং ভোক্তৃত্বে হেতুরুচ্যতে ॥ ২০ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — কার্য্যকরণকর্তৃত্বে=(মফমসিদা) হকচাংবু কার্য্য অমসুং হকচাংদা লৈবা জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা কর্মেন্দ্রিয় মঙা মন বুদ্ধি অমসুং অহংকার তরালমদোই অসিবু করণ অমুম্না খঙদবনি, মখোয়শিংসিবু শাবদা ঈশ্বরগী শক্তি ওইবা মায়াগী মশক প্রকৃতি, হেতু উচ্যতে=মরম ওইবনি অমুম্না মহর্ষিশিংনা হায়রৈ অহুগা পুরুষ=ক্ষেত্রজ্ঞগী মশক ওইবা জীবাত্মা, সুখদুঃখানাং ভোক্তৃত্বে=নুংঙাইবা অবাবমচিংবা ভোগ্যাশিংবু চাবদা (খঙবদা) হেতু উচ্যতে=মরম ওইবনি হায় ॥ ২০ ॥

**অপুনবা অর্থ** :— হকচাংগী মশক ওইবা কার্য্য অমসুং ইন্দ্রিয়শিংগী মশক ওইবা করণ মখোয়শিং অসিবু শাবদা ঈশ্বরগী শক্তি মায়া প্রকৃতিসি মরম ওইবনি অমুম্না হায়রৈ, অহুগা

ক্ষেত্রজ্ঞগী মশক জীবাত্মা মুংঙাইবা অরাবনচিংবা ভোগ্যশিংবু চাবদা (অনুভব তৌহুনা খঙবদা) মরমনি অসুম্না মহর্ষিশিংনা হায ॥ ২ ॥

অথূপ্পা বা

মকম অসিদা কার্য্যগী অর্থ হকচাংনি হায়বসিদা হকচা দ মতুম্বা মাবু শারিবা পৃথিবী মচিংবা ভূত মঙা অমসুং মখোয়দা লৈবা রূপ (মওঙ মশক) রস (মহাও) অসিনচিবা বিষয় মঙাবু লৌগদবনি। অহুগা করণগী অর্থদসু জ্ঞানেন্দ্রিয়নচিংবত লৌবা মতুম্বা মখোয়দা চঙহুনা লৈবা সত্ব রজ তম গুণ অহুমসিগী মশক ওইবা মু ঙাইবা অরাবা অমসু শুমহৎপা মখোয়শিংবুসু লৌগদবনি। অহুগা "কার্য্যকরণ কর্তৃত্বে" হায়বা অসিগী মহুত্তা "কার্য্য কারণ কর্তৃত্বে" অসুম্না ইবসু উই। মসিগী অর্থসু হায়গী অহুগুম্বনি। মতুগা "কার্য্যগী" অর্থ—জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা, কর্মেন্দ্রিয় মঙা অপোবা পৃথিবীনচিংবা ভূত মঙা অমসুং মন তরাতরুকসিবু লৌগদবনি অহুগা "করণগী" অর্থদি=মহত্তত্ব অহংকার অমসুং পৃথিবীনচিংবগী অকুপ্পা তন্মাত্র মঙা পুম্না তরেৎসিবু লৌগদবনি। মতৌ অসুম্না পুম্না তত্ত্ব কুনহুমদোইসিবু পোক্লকপদা প্রকৃতিনা মরম ওই হায়না তাকপনি। মতৌ অসুম্না প্রকৃতি অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞ জীবাত্মা অনীসি স সারগী মরম্নি ॥ ২ ॥

ক্ষেত্রজ্ঞ আত্মাসি অরা-মুংঙাইনচিংবগী ভোক্তা (অচাবা) ওইহুনা সংসারী ওই হায়বসি তাকপ্রে। হৌজিক মতুগী (সংসারী ওইবগী) মরমতু তাক্লি—

পুরুষঃ প্রকৃতিস্থো হি ভুংক্তে প্রকৃতিজান্ গুণান্।
কারণং গুণসংগোঽস্য সদসদ্ যোনি জন্মসু ॥ ২১ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা:— পুরুষ =ক্ষেত্রজ্ঞ আত্মাসি প্রকৃতিস্থ =হকচাং অমসুং ইন্দ্রিয়শিংগী মশক ওইনা ওন্থহুনা লৈবী মায়া ওইবী প্রকৃতিদা মশামক্লি খন্দূনা অমত্তা ওইনা লৈ হি—মরম অহুদগী প্রকৃতিজান্ গুণান=সত্ব, রজ অমসুং তম গুণ অহুমসিগী মশক ওইবী প্রকৃতিদগী পোকপা মুংঙাইবা অরাবা অমসুং শুমহৎপা অহুমসিবু ভুংক্তে=চাদূনা লৈ হায়বদি ঐ মুংঙাইবনি অরাবনি অমসুং অপঙবনি অসুম্না খন্দূনা লৈ, মতৌ অসুম্না— অস্য=ক্ষেত্রজ্ঞ আত্মাসিগী, সদসদ যোনিজন্মসু=অফবা অমসুং ফত্তবা গর্ভদা (পুক্লুংদা) চঙহুনা পোকপশিং অহুদা, গুণসঙ্গ =সত্ব রজ অমসুং তম অহুমসিদা পুক্লীং চঙহুনা শম্নহুনা লৈবহু কারণম=মরম ওই ॥ ২১ ॥

অপুনবা অর্থ:— ক্ষেত্রজ্ঞ আত্মাসি হকচাং অমসুং ইন্দ্রিয়শিংগী মশক ওইনা ওন্থহুনা লৈবী প্রকৃতিদা মশামক্লি খন্দুনা অমত্তা ওইনা লৈ। মরম অসিদগী সত্ব, রজ অমসুং তম গুণ অহুমসিগী মশক ওইবী প্রকৃতিদগী পোকপা মুংঙাবা, অরাবা অমসুং শুমহৎপা অহুমসিবু মহাক্না চানুনা লৈ। মতৌ অসুম্না ক্ষেত্রজ্ঞ আত্মাসিগী অফবা অমসুং ফত্তবা পুক্তা চঙহুনা পোকপশিং অহুদা সত্ব, রজ, তম, গুণ অহুমসিদা পুক্লীং চঙহুনা শম্নহুনা লৈবগী মরম ওই ॥ ২১ ॥

## অথুপ্পা বা

ক্ষেত্রজ্ঞ আত্মাসি মাগী অশেংবা মওংদা লৈরগা অরা মুংচাইনচিংবা পুম্নমক খঙহুনবা ভোক্তা (অচাবা) ওইবা নত্তে, প্রকৃতিদগী ওন্থরক্নবা লৈবা হকচাং, অন্ত করণ (পুক্নীং মন) অমসুং ইন্দ্রিয়শিংগা অমত্তা ওইনা মশাবু খঙবদগী অন্ত করণদা সত্ত্ব নচিংবা গুণশিংনা ওইবা মুংচাইবা, অরাব-নচিংবা অহুনু মতাক্তা, অজ্ঞাননা মরম ওইহনবা মশাগীনি হায়না খঙবদনি। মরম অসিনা শ্রুতিনা হায়রি— "আত্মেন্দ্রিয়মনোযুক্তং ভোক্তেত্যাহুর্মনীষিণঃ" (কঠ উ ১।৩।৪)— "হকচাং ইন্দ্রিয় অমসুং মনগা লোয়নবা অমত্তা ওইনা লৈবগুম তৌবা আত্মাবু ভোক্তানি (চারীবা মীনি) অসুম্না অখঙবা ঋষিশিংনা হায়" মরম অসিনা ব্রহ্মগী মশক ওইবা অশেংবা আত্মা ভোক্তা নত্তে। প্রকৃতিগা (অন্ত করণগা) লোয়নবা অমত্তা ওইনা শম্নবগুম তৌবদগী অরা মুংচাই ফংবগুম তৌবতনি। মরম অসিদগী যোগদর্শনদসু অসুম্না হায়রি— "দ্রষ্টৃদৃশ্যয়োঃ সংযোগো হেয় হেতু" (যোগ দ ২।১৭)—দ্রষ্টা=অখঙবা আত্মা, দৃশ্যয়ো=খঙগদবা প্রকৃতি অনীসিগী, সংযোগ=অমত্তা ওইনা তিন্নহনবা লৈবগুম তৌবসি হেয় হেতু—থাদোকপদা মতৌক চাবা অবাবগী মশক ওইবা সংসারগী মরমনি।" অদুগা "তস্য হেতুরবিদ্যা" (যো দ ২।২৪) —"প্রকৃতি অমসুং পুরুষ (আত্মা) অনীগী শম্নহনবা লৈবগুম তৌবা অসিগী মরমদি অবিদ্যানি (জীবাত্মানা মশাগী অশেংবা মশক খঙদবগী মশক ওইবা অজ্ঞাননি)।" মরম অসিনা অজ্ঞান মাংবদগী শম্নবা মাংখিহনবা জীবাত্মানা মোক্ষ ফংই হায়বসিবু অসুম তাক্লি— "তদভাবাৎ সংযোগাভাবো হানং তদ্দৃশেঃ কৈবল্যম্" (যো দ ২।২৫) তদভাবাৎ—ক্ষেত্রজ্ঞ আত্মানা মশাগী অশেংবা মশক খঙবগী মশক ওইবা জ্ঞান ফংবনা অবিদ্যা (অজ্ঞান) অদু মাংখিবদগী, সংযোগা ভাব=আত্মা অমসুং প্রকৃতিগী (অন্ত করণগী) শম্নবা মাংবা অদু, হানং — অবাবগী মশক ওইবা সংসার মাংবনি, তৎ=মতৌ অসুম্না সংসার মাংবদু, দৃশে=চেতন আত্মাগী, কৈবল্যম=ব্রহ্মদা তিনবগী মশক ওইবা কৈবল্য মোক্ষনি।" মরম অসিনা অজ্ঞান লৈরিঙৈগী ফীবমদা অন্ত করণগী অরা মুংচাইনচিংবা পুম্নমক অদুবু মশাগীনি হায়না লেপ্তুনা অপাম পামদা থবক কর্মামুক ভৌহনবা লৈবদগী জীবাত্মাসি সংসারদা অক কন্না পুক্নুংসিদা চঙহনবা পোক্ল শিন্না ভোক্না লৈরিবনি। শ্রুতিনা হায়রি— "স কামভির্জায়তে তত্র তত্র" (মু উ ৩।২।২)— "অজ্ঞানী অদু মাল্লা নীংলি নীংলিবা অদুগী মতু ইন্না মফম মফম পুম্নমক্তা পোকহুনবা লৈ।" ॥২১॥

অজ্ঞানা মরম ওইহনবা প্রকৃতিগা শম্নবগুম তৌবদগী ক্ষেত্রজ্ঞ আত্মাগী সংসারনি, মহাক অশেংবা মশক্তা সংসারী নত্তে হায়বসি মথক্কী শ্লোকতা তাকপ্রে; হৌজিক ক্ষেত্রজ্ঞ আত্মাসিগী অশেংবা মশক অদুবু অসুম্না তাক্লি—

উপদ্রষ্টাঽনুমন্তা চ ভর্ত্তা ভোক্তা মহেশ্বরঃ।
পরমাত্মেতি চাপ্যুক্তো দেহেঽস্মিন্ পুরুষঃ পরঃ ॥ ২২ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা :— অস্মিন দেহে=হকচা, অসিদা পুরুষ =ক্ষেত্রজ্ঞ ওইবা লৈরিবা আত্মা অসি, পর =অশেংবা মওওদদি হকচা নচি বগা লোয়নবা করিমত্তু শমূদবা তোপ্পা লৈ মহাক অদুদি— উপদ্রষ্টা=মশামক্তি করিমত্ত তৌদবা মনাক্তা লৈরবা অতোপ্পশি বা তৌরিবহু য়েংহুনা লৈবনি, চ=অদুগা অনুমন্তা=হকচাং ইন্দ্রিয়শিংনা তৌবা থবক পুম্নমক অহবু য়াবগুম তৌহনা লৈবনি, ভর্ত্তা=হকচা, মন বুদ্ধিশিংবা পুম্নমপু মশাগী মঙালগী মশক ওইবা চৈতন্য (অচঙবা মঙও) পীদুনা য়োকপী থাকপীহনবা লৈবনি ভোক্তা=অন্তঃকরণগী ধর্ম্ম ওইবা লৈবা অরাংফুংঙাই মঙও) পীহনা য়োকপা থাকপীহনবা লৈবনি মহেশ্বর=মহাক নচিংমা পুম্নমকপু মহাক্কী মঙালগী মশক ওইবা চৈতন্যনা ঙাক্তোক্তুনা থম্বনি, চ=অদুগা পরমাত্মা ইতি অপি পুম্নমক্কী আত্মা ওইনা শীরগ্নবা লৈবা মচৌনা মপুনি, উক্ত=অজ্ঞানীশিংনা আত্মানি হায়না খঙবগিনা হকচা নচিংবা পুম্নমকসিদগী থোইদোক্না হেন্দোক্কপা আত্মানি অস্মংস্য শ্রুতিশিংনা হায়॥ ২২ ॥

অপুনবা অর্থ :— হকচাসিদা ক্ষেত্রজ্ঞ ওইনা লৈরিবা আত্মাসি অশেংবা মওথুংদি হকচাগী লোয়নবা করিমত্তু শমূদনা তোপ্পা লৈ। মহাক (ক্ষেত্রজ্ঞ আত্মা) করিমত্তু তৌদনা মনাক্তা লৈরিবা অতোপ্পশি না তৌরিবহু য়েংহুনা লৈ, অদুগা হকচাংশিংনা তৌবা থবক পুম্নমকপু য়াবগুম তৌনা লৈ হকচাং, মন, বুদ্ধিশিংবা পুম্নমকপু মঙাগী মঙাল চৈতন্য পীদুনা য়োকপী থাকপীগদবা লৈ মতৌ অদুগা অন্তঃকরণগী (মনগী) ধর্ম্ম ওইনা লৈবা অরাংফুংঙাইশিংবা পুম্নমকপু মহাক্কী মঙাল ওইবা চৈতন্যনা ঙাক্তোক্তুনা থম্বনি মশক পুরুষকী আত্মা ওইদুনা শীরগ্নবা লৈবা মপুনি অদুগা অজ্ঞানীশিংনা আত্মানি খঙনরিবা (উপমা) হকচা নচিংবা পুম্নমকসিদগী থোইদোক্না হেন্দোক্কপা আত্মানি অস্মংস্য মায় শ্রুতিশিংনা হায় ॥ ২২ ॥

অথূপ্পা বা

ঐখোয়না নুমিৎ খুদিংগী শীজিন্নরিবা ঈশিং অসি হৌবশা ওইনা য়াম্না ঈংবা পোৎ অমনি, মহুদা অশাবা গুণ লৈতে মহুদি (অশাবদি)। মৈদা লৈবা গুণশিংনা অদুবু ঈশিংদু মৈগীশম নবদগী মৈগী গুণ অশাবদু ঈশিংদা লাক্লগা ঈশিং শাই অস্নুপা হায় অমসুং মইবৈ। অদুম ওইদুনসু ঈশিং— অশাবা পোৎ নত্তে মাদি অঙংবা পোৎ অমনি। মতৌ অদুম্না আত্মানু হৌবশা ওইনা চৈতন্যগী মশক ওইনা লৈদুনা পুম্নমকপু ঙাক্তোক্তুনা লৈবা পোৎ অমনি, মতৌম অরাংফুংঙাই, অনা অয়েকশিংনা ধর্ম্ম অমত্তা লৈতে মখোয়দু অন্তঃকরণগী ধর্ম্ম ওইনি। অদু অজ্ঞানা মরম ওইদুনা হকচা, অন্তঃকরণ ইন্দ্রিয়শিংবা পুম্নমকা লোয়নবা শম্নবগুম তৌবদগী মতৌম

অৱা মুংতাইনচিংবা লৈবগুম তৌবনি। অশেংবমক্তি অৱা মুংতাইনচিংবা পুম্নমকসি অন্ত করণগী ধর্ম্ম ওইবদগী আপ্পাদা লৈতে। সূপ্না মহাক্না ( আত্মাবা ) অন্ত করণগী অৱা মুংতাইনচিংবা ধর্ম্ম শিংহুবু ভাস্বোক্তুবা সাক্ষী ওইবা লৈবা মরমদগী মাবু উপদ্রষ্টা অমসুং অনুমন্ত হায়বনি। শ্রুতি নসু হায়রি— "সাক্ষী চেতা কেবলো নির্গুণশ্চ" ( শ্বে উ ৬।১১)— "মহাক পুম্নমক্কী সাক্ষীনি ( করিমত্ত তৌদনা পুম্নমকপু য়েংহুনা লৈবনি) পুম্নমকপু মাগী মঙাল পীহুনা ফোঙদোকহনবনি অনীগুবা পোৎ লৈতবনি অমসু গুণ অমত্ত লৈতবনি। ( মরম অসিনা অৱা মুংতাই লৈতবনি )।" মতৌ অহুম্না মাগী লৈবা (সত্তা) অহুনা পুম্নমক লৈবা ওইহল্লুবা পুম্নমকপু য়োকপী থাকপীবনি। শ্রুতিনা হায়রি—"ব্যক্তাহব্যক্তং ভরতে বিশ্বমীশ " (শ্বে উ ১।৮) খ্বায়গী মপু ওইবা মহাক্না ফোঙদোক্নুবা লৈবা অমসুং ফোঙদোক্নবা লৈবা তাইবঙ পুম্নমকসি য়োকপি। অহুগা অন্ত করণগী অৱা মুংতাইনচিংবা ফোংদোকহনবদগী মানা চাবগুম লৈবা মরম্না ভোক্তা হায়নসু কৌবনি। শ্রুতিনসু অসুম্না হায়রি— "সর্ব্বভুক সর্ব্বস্যেশান." (মৈত্র উ ৭।১)— "মহাক পুম্নমক্কী ভোক্তানি অমসুং পুম্নমক্কী মপুনি।" অহুগা মহাক মহেশ্বরনি হায়রসিবুসু শ্রুতিনা অসুম্না তাক্লি— "তমীশ্বরাণাং পরমং মহেশ্বরম্" ( শ্বে উ ৬।৭) "মপু ওইবা পুম্নমক্কী মন্নংদা খ্বায়দগী অথোইবা মপু মহাকপু ঐখোয়না ( ঋষিশিংনা ) খঙই।" মরম অসিনা অশেংবা মওঙ মশক্ত প্রকৃতিদগী য়াম্না থাপ্পা লৈবা আত্মাসিগী মশক অহুবু খঙননবা মীপুম খুদিমক্না হোৎনগদবনি মহুতদা পোকপগী মহৈ য়ান্নুবা লেঙদবা মুংতাইবা ফংগদবনি ।২২॥

হৌজিক ভগবান মশামক্না আত্মাসিগী অশেংবা মওঙ মশক খঙবগী মহৈবু অশুপ্না হায়রি—

য এবং বেত্তি পুরুষং প্রকৃতিং চ গুণৈ সহ।
সর্ব্বথা বর্ত্তমানোহপি ন স ভুয়োহভি জায়তে ॥২৩॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — য =মী অহুনা এবং=মতৌ অসুম্না ( মথক্তা হায়রিবা অহুম্না ), পুরুষং বেত্তি=আত্মাবু খঙই ( অসিগুম্বা মশক্কী আত্মা ঐনি হায়না শংশঙনা খঙই ), চ=অহুগা, গুণৈ সহ=মাগী (প্রকৃতিগী) থবকশিংগা লোয়ননা, প্রকৃতিং (বেত্তি) = অবিদ্যাগী মশক ওইবা প্রকৃতিবু মিথ্যানি ( উবা খঙলবসু মতম অহুম্মক্তা লৈতবনি ) হায়না খঙই স = অহুগুম্বা মী অহু, সর্ব্বথা=তৌখি তৌখিবা কর্ম্মগী মতুংইন্না করিগুম্বা ফীবম অমদা, বর্ত্তমান অপি—লৈবা থোক্লবসু, ভূয় =অমুক হন্না, ন অভিজায়তে—সংসার অসিদা পোক্তে।২৩॥

অপুনবা অর্থ — মী অহুনা মথক্তা হায়খিবা মশক অহুম্না আত্মাসিবু ঐনি হায়না শংশঙনা খঙই অহুগা থবকশিংগা লোয়ননা প্রকৃতিবুসু মিথ্যানি হায়না খঙই, অহুগুম্বা মহাক অহু তৌখিবা কর্ম্মগী মতুং ইন্না করিগুম্বা ফীবম অমদা লৈরবসু অমুক হন্না সংসারসিদা পোক্তে।২৩॥

## অথুপ্পা বা

কনা কনাগুম্বা আত্মজ্ঞানী ওইবা মাবা জ্ঞান ফংদুনা লৈরবস্মু প্রারব্ধ কর্ম্মগী ( হান্না তৌখিবা কর্ম্মগী ) মতুং ইন্না থত্তবা লমচৎশিংবা চত্তুনা লৈবস্মু য়াই, অদুমক ওইরবস্মু মহাক শিরবা মতমদা ব্রহ্মদা তিনবগী মওক ওইবা মোক্ষ ফংই, অমুক হন্না সংসারসিদা লাক্কুনা অরা অনা ফংদুনা লৈরদে ( পোক্তে ) হায়বসি তাকুবগীদমক সর্ব্বথা বর্ত্তমানোঽপি —করিগুম্বা ফীবম অমদা লৈবা ওইরবস্মু" অস্মুম্না ভগবান্না হায়রম্মি। অদুগা মসিদা অপি হায়বদি "বস্মু হায়বা বাহৈসি শীক্তিনবসিদগী লমচৎ নীংথিনা চত্তুনা লৈবা জ্ঞানী ওইবা মীগীদি শিরবা মতুংদা মোক্ষ ফংই হায়বসিদা করি অমুক চিংনমীঙাই লৈরিবগে ॥২৩॥

হৌজিক ভগবান্না অশেংবা আত্মাবু শংশঙনা থঙনবগী উপায়শিংবু বিকল্প তৌদুনা ( অমা মতৃগা অমনা পাইন্দুনা ) অস্মুম্না তাক্লি—

ধ্যানেনাত্মনি পশ্যন্তি কেচিদাত্মানমাত্মনা।
অন্যে সাংখ্যেন যোগেন কর্ম্মযোগেন চাপরে ॥ ২৪॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — কেচিৎ=কনা কনাগুম্বা য়াম্না মতীক চাবা সাধকশিংনা ধ্যানেন—পুক্নী অনী লোঙদনা আত্মাদা মনবু থম্নগী মওক ওইবা ধ্যান তৌদুনা আত্মানম=পুম্নমক্কী সাক্ষী ওইদুনা লৈরিবা আত্মাসিবু আত্মনি=থম্মোয়দা অংতুনা অশেংবা পুক্নীংনা মরম ওইদুনা পশ্যন্তি=উংশঙনা উদুনা থঙই অন্যে=মখায় ওইরপ্পা মতীক চাবা অতোপ্পা সাধকশিংনা সাংখ্যেন যোগেন=অম্বা অমসুং প্রকৃতিগী তোপ্পা তোপ্পা (থাবদোক্লা) থবেগী মওক ওইবা সাংখ্যযোগনা মরম ওইদুনা আত্মাবু শংশঙনা উই, চ—অদুগা অপরে=খরা হন্দুবা অতোপ্পা সাধকশিংনা কর্ম্মযোগেন ( আত্মানং পশ্যন্তি )=মহৈ পামদনা কর্ম্ম তৌবগী মওক ওইবা ( নিষ্কাম কর্ম্মযোগনা ) কর্ম্মযোগ তৌদুনা পুক্নীং শেংদোক্লগা অশেংবা পুক্নীং অদুদা আত্মাবু শংশঙনা উই ॥ ২৪॥

অপুনবা অর্থ — কনা কনাগুম্বা য়াম্না মতীক চাবা সাধকশিংনা পুক্নী অনী লোঙদনা ধ্যানযোগ তৌদুনা পুম্নমক্কী সাক্ষী ওইবা আত্মাসিবু অশেংবা পুক্নীংনা মরম ওইদুনা থম্মোয়দা শংশঙনা উই। মখায় ওইরপ্পা মতীক চাবা অতোপ্পা মীশিংনা প্রকৃতি অমসুং আত্মাগী থায়দোক্লা থঙবগী মওক ওইবা সাংখ্যযোগনা মরম ওইদুনা আত্মাবু শংশঙনা থঙই। অদুগা খরা হন্দুবা অতোপ্পা সাধকশিংনা মহৈ পামদনা কর্ম্ম তৌবগী মওক ওইবা কর্ম্মযোগ ( নিষ্কামক যোগ ) তৌদুনা পুক্নীং শেংদোক্লগা অশেংবা পুক্নীং অদুদা আত্মাবু শংশঙনা থঙই ॥ ২৪॥

মথক্তা হায়রিবা সাধনশিংসি ( উপায়শিংসি ) তৌবা ঙমদবা অমসুং য়াম্না থাজনা মো পাম্বা মীশিংগীদমক অতোপ্পা উপায় অমা ভগবান্না তাক্লি—

অন্যে ত্বেবমজানন্তঃ শ্রুত্বান্যেভ্য উপাসতে।
তেহপি চাতিতরন্ত্যেব মৃত্যুং শ্রুতিপরায়ণাঃ ॥ ২৫ ॥

**অন্বয ব্যাখ্যা :—** অন্যেতু—অতোপ্পা সাধকশিংনদি এবং অজানন্ত—মথক্তা হায়রিবা সাধনশিংবু তৌবা অমসুং খঙবা ঙমদবা ওইরুবা অন্যেভ্য=থোজাল লৈবা অমসুং অখঙ অঙ গুরুমচিংবা অতোপ্পশিংদগী শ্রুত্বা= আত্মাতত্ত্বগী মরমদা তারগা, উপাসতে—য়াম্না থাজবা মহুগী উপাসনা তৌরুনা লোংবৈ তে অপি—মখোয় অহুসু শ্রুতপরায়ণা =আত্মাগী মরমদা তাবা অহুদা পুরক্লী, চঙবা ওইরুবা মৃত্যুং=শিববু (পোক্লা শিবা তৌবা সংসারসিবু) অতিতরন্তি এব=শোয়দনা লান্থোক্কনা চংলী ॥ ২৫ ॥

অপুনবা অর্থ — অতোপ্পা সাধকশিংনদি মথক্তা হায়রিবা উপায়শিং অসিবু তৌবা অমসুং খঙবা ঙমদবদগী অতোপ্পা অখঙ অহৈ গুরুমচিংনদগী আত্মতত্ত্বগী মরমদা তারগা য়াম্না থাজবগা লোয়নবা অদুগী উপাসনা তৌরবা লৈ, অদুগুম্বা মখোয় অহুসু আত্মাগী মরমদা তাজবা অহুদা পুক্লী, চঙবা ওইরুনা পোকপা শিবা মাইবা সংসারসিবু শোয়দনা লান্থোক্কনা চংলী ॥ ২৫ ॥

ক্ষেত্রজ্ঞ জীবাত্মা অমসুং পরমাত্মা (ব্রহ্ম) অনীসিগী অমত্তা ওইবা জ্ঞানদগী মোক্ষ ওই হায়বসি যজ্জ্ঞাত্বাহমৃতমশ্নুতে" (গী ১৩।১২) অসুম্না তাকখ্রে অদুবু জ্ঞানহৌ করম্না মোক্ষগী সাধন (মরম) ওইগনি হায়না চিনরবদা মহুবু তাক্লবগীদমক মথাগী শ্লোক অসিদগী অধ্যায় লোইবা ফাওবদা ভগবান্না পাউখুম পীরি। মহুদসু অজ্ঞানবদা মোক্ষগী মরম ওইবা জ্ঞানবা মাঙগদবা সংসারসিগী মরমবু অসুম্না হায়রি—

যাবৎ স জায়তে কিঞ্চিৎ সত্ত্বং স্থাবর জঙ্গমম্।
ক্ষেত্র ক্ষেত্রজ্ঞ সংযোগাৎ তদ্বিদ্ধি ভরতর্ষভ ॥ ২৬ ॥

**অন্বয ব্যাখ্যা :—** ভরতর্ষভ—ভরত নিংথৌগী শাগৈদা অথোইবা হে অর্জ্জুন!, যাবৎ কিঞ্চৎ=করিগুম্বা, স্থাবরজঙ্গমম =চঙবা অমসুং চংপা ওইবা সত্ত্ব সংজায়তে—পোং পোকই, তৎ—মহুবু ক্ষেত্র ক্ষেত্রজ্ঞ সংযোগাৎ—ক্ষেত্রগী মশক ওইবা প্রকৃতি অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞগী মশক ওইবা আত্মা অনীসিগী অজ্ঞানবা মরম ওইরুবা শম্নবদগীনি হায়না, বিদ্ধি=নংনা খঙউ ॥ ২৬ ॥

**অপুনবা অর্থ :—** ভরত শাগৈদা অথোইবা হে অর্জ্জুন। অচৎ চত্তা করিগুম্বা পোং অমা পোকই, পোক্লিবহৌ ক্ষেত্র ওইবা প্রকৃতি অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞ ওইবা আত্মা অনীসিগী শম্নবদগীনি হায়না নংনা খঙউ ॥ ২৬ ॥

## অথুপ্পা বা

শ্লোক অসিদা ভগবান্না অচৎ-চত্ত করিগুম্বা পেংৎ অমা পোকপদা ক্ষেত্র ওইবা অচেতন প্রকৃতি অমস্তুং ক্ষেত্রজ্ঞ ওইবা চেতন আত্মা অনী অসিগী শম্নববু মরমনি তাক্লি। অদুবু মখোয় অনীগী শম্নবসি ব্যবহারদা চৎনরিবা পোৎশিংগী মতৌগুম্না শম্নবনি হায়বা য়াদে। মরমদি আত্মাগী অশেংবা মশক শীনথুংনা লৈরগা কনা অমত্তগা শম্নদবনি। মরম অসিনা মখোয় অনীগী শম্নবা অজ্ঞাননা মরম ওইদুনা আরোপ তৌরগা (ওইদববু ওইবগুম তৌরগা) অমত্ত ওইবগুম তৌবনি হায়না খঙগদব ন। থৌরী মকক্কী খঙদবগী ম ক ওইবা অজ্ঞাননা কুপ্পুংনা থম্লিবা থৌরী মকক্তা অজ্ঞানগা লোয়নবা শম্নবগুম তৌদুনা লিল উবগী মতৌগুম্না চেতন আত্মাবু কুপ্পুংনা থম্বী মায়াগী মশক ওইবী প্রকৃতিগা লোয়নবা শম্নদুনা লৈবগুম তৌবা চেতন আত্মাদা প্রকৃতি অদুদগী তাইবঙপানগী পোৎ পূম্নমকসি পোকপনি অশে বমক্তি প্রকৃতি অমস্তু আত্মাগী শম্নবা লৈতে। মরম অসিনা শম্নদবদু খঙলগা মোক্ষ ওই হায়বনি। মতৌ অসুম্না প্রকৃতি অমস্তুং আত্মাগী অবিদ্যানা (অজ্ঞাননা) মরম ওইদুনা শম্নবদগী পোৎ পূম্নমক পোক্লকপনি হায়বসিবু ভাগবতকী মনুংদস্তু শ্রীভগবান্না উদ্ধবকী মফমদা অসুম্না তাক্লি—

অণুবৃহৎকৃশ স্থূলো যো যো ভাব প্রসিধ্যতি।
সর্ব্বোঽপ্যুভয় সংযুক্ত প্রকৃত্যা পূরষেণ চ॥
(ভাগ ১১।২৪।৬)

"অপীকপা, অচৌব', অপাবা অথাবস্তু (অবোয়বস্তু) ওইসনু পোৎ অমা ওইদুনা পূম্নমক ফাওরিবসি প্রকৃতি পুরুষ (আত্মা) অনীসিগী তিন্নবদগী (শম্নবদগী) ওইরকপা উাক্লনি ॥২৬॥

মতৌ অসুম্না অবিদ্যানা (অজ্ঞাননা) মরম ওইদুনা ক্ষেত্র ওইবা প্রকৃতি অমস্তুং ক্ষেত্রজ্ঞ ওইবা আত্মাগী শম্নববু (তিন্নববু) পোকপা শিবা নাইবা স সারী মরমনি তাক্লগা তৌগ্রিক অবিদ্যাদুবু মাঙহনবা ওস্বা জ্ঞান অদুবু অসুম্না তাক্লি—

সমং সর্ব্বেষু ভূতেষু তিষ্ঠন্তং পরমেশ্বরম্॥
বিনশ্যৎস্ববিনশ্যন্তং যঃ পশ্যতি স পশ্যতি॥২৭॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — বিনশ্যৎস্থ=শোয়দনা মাঙগদবা, সর্ব্বেষু ভূতেষু=ব্রহ্মাদগী হৌদুনা তুমীৎ কাঙ যাওবা লৈরিবা থরায় পাননা পূম্নমক্কী মনু দা, সমংতিষ্ঠন্তং—চপ মানবা অমত্ত ওইনা লৈবা, অবিনশ্যন্তং=মাঙ তাকপা অমত্ত লৈতবা পরমেশ্বরম্—খায়গী অখোইবা মপু পরমাত্মাদুবু, য পশ্যতি=মী অদুনা মশাগী মশক ওইনা উই (খঙই), স পশ্যতি—মহাক অশেংবা অউবনি (অখঙবনি)॥২৭॥

অপুনবা অর্থ :— শোয়নবা মাঙগদবা থরায় পাববা পুম্নমকী মন্নুংদা চপ মান্নবা অমত্তা ওইবা লৈবা অমস্তু, মাং তাকপা লৈতবা পরমাত্মাহুবু মীহুবা মশাগী মশক ওইবা খঙই অহুগুম্বা মহাক অহ অশেংবা খঙবা অমস্তু, উবা মীবি ॥ ২৭ ॥

অথুপ্পা বা

ব্যবহারগী মতমদা ঐখোয়না মশী, লাকউমদনা আত্মা ময়াম ওইনা উবি খঙলিবসিদি, মঙদা আত্মা ময়াম উবা খঙবগী মতৌগুম্বনি। মং মঙবা মতমদা মঙ মঙলিবা জীবাত্মা অহু নত্তবা অতোপ্পা পোং অমত্তা লৈতে, অহুবু তুম্বনা মরম ওইহুনা মতম অহুদা মহাক মশামকপু মতোমদা ওইরবস্তু ময়াম ওইনা উংল্লী অমস্তু, খঙল্লী অহুগা মযামতুগী মন্নুংদা তোপ্পা তোপ্পা আত্মাস্তু লৈতে সুপ্না মঙ উবিবা আত্মা অহুতনা পুম্নমক্তা চংহুনা ময়াম ওইনা উবদনি। মরম অসিনা মঙদা পুম্নমক্তা চংহুনা লৈবা আত্মা অমত্তনি ময়াম নত্তে হায়না খঙবসি অশেংবা খঙবনি। মতৌ অহুম্না অবিদ্যাবা ( অজ্ঞানবা ) মরম ওইহুনা মঙগুম্না উবিবা তাইবংপানবসিদা মশী লাকউমদনা লৈরিবা থরায় পানবশিংদা শীনথুংনা অমস্তু, অমত্তা ওইনা চপ মান্নবা লৈবা আত্মা অমথক্তনি খঙবসি অশেংবা খঙবনি। মরম অসিনা ভাগবতকী মন্নুংদস্তু শ্রীভগবান্না অস্মুম্না হায়রি—

মামেব সর্ব্বভূতেষু বহিরন্তরপাবৃত্তম্।
ঈক্ষেতাত্মনি চাত্মানং যথা খমমলাশয় ॥
(ভাগ ১১।২৯।১২)

"হে উদ্ধব! মহাক পুক্নী শেংবা থরায় পানবা পুম্নমকী মুংদা অমস্তু, মশামক্তা মন্নু মপাল থম্না আত্মাগী মশক ওইনা লৈবা কৃষ্ণ ঐমক্তবু য়েংউ (খঙউ), কৃষ্ণ ঐ আকাশগী মতো গুম্না মকম পুম্নমক্ত শীনথুংনা লৈবনি।"

অতোপ্পা মফম অমদস্তু শ্রীভগবান্না উদ্ধবকী মফমদা ময়াম ওইনা উব্নিবা তাইবংসিগী অশেংবা মশকপু অস্মুম্না তাক্লি—

প্রকৃতির্হ্যস্যোপাদানমাধারঃ পুরুষঃ পরঃ।
সতোহভিব্যঞ্জকঃ কালো ব্রহ্ম তত্রিতয়ং ত্বহম্ ॥
(ভাগ ১১।২৪।১৯)

"তাইবংসি শাবনা মচাক্তি প্রকৃতিনি, মসিমী চঙবকম ওইহুনা লৈনবা মফম্না পরমাত্মানি লৈরিবা পুম্নমকী ফোংদোকহনবনি কালনি (মতম্নি), অহুগা মখোয় অহুম্মকসি অশেংবা ব্রহ্মগী মশক ওইবা কৃষ্ণ ঐনি।"

মবুম অসিনা ময়াম ওইনা লেঙলি পাল্লিবা পূম্নমক অসি কৃষ্ণ মহাকী লীলানি, অশেংবমক্তদি ইবুঙো মহাক মত্তবা অনীগুবা পোং অমা লৈতে হায়বসি লেপকদবনি ॥ ২৭ ॥

মথক্তা হায়গ্রিবা আত্মাগী অশেংবা জ্ঞান ফংবসিদগী করম্না মহৈ ফংই হায়বত্র হৌজিক তাক্লি—

সমং পশ্যন্ হি সর্ব্বত্র সমবস্থিতমীশ্বরম্।
ন হিনস্ত্যাত্মনাঽঽত্মানং ততো যাতি পরাং গতিম্ ॥ ২৮ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা :— সর্ব্বত্র=অচং-চন্না তাইবঙপুম্বসিদা সমবস্থিতম=মওঙ অমত্তা ওইনা লেঙদনা লৈব্রিবা সম, ঈশ্বরম =অথোই-অহেন নাইদনা চপ মান্নবা আত্মাগী মশক ওইবা ঈশ্বরহুবু পশ্যন="মহাক ঐমক্তি" খঙবা জ্ঞানীশিংনা হি=লেপ্পমক আত্মানা আত্মান =মশানা মশাবু ন হিনস্তি=হাত্তে তত =মতৌ অম্সুম্না খঙবা অহুদগী পরাং গতিং=অথোইবা পম্ফুং মোক্ষবু যাতি=ফংই ॥ ২৮ ॥

অপুনবা অর্থ — অচং চন্না তাইবঙপুম্বসিদা মওঙ অমত্তা ওইনা লেঙদনা লৈব্রিবা অমস্তং, অথোই অহেন নাইদনা চপ মান্নবা আত্মাগী মশক ওইবা ঈশ্বরহুবু মহাক মশামক্তি খঙবা জ্ঞানীনা লেপ্পমক মশানা মশাবু হাত্তে মতৌ অম্সুম্না খঙবা অহুদগী অথোইবা পম্ফুং মোক্ষবু ফংই ॥ ২৮ ॥

অথপ্পা বা

অজ্ঞানীশিংনা মশাগী অশেংবা মশক সৎ চিৎ আনন্দ ওইবা ব্রহ্মবু খঙদনা হকচাং মচি ববু মশামক্তি খন্দুনা লৈবসিবু মফম অসিদা শ্রীভগবান্না মশানা মশাবু হাত্তুনা লৈবনি তাকই। মরমদি মশানা মশাবু খঙদবসি আত্মঘাতকা (মশানা মশাবু হাৎপা) চপ মান্নৈ। মহাভারতকী মনুংদা শকুন্তলানস্থু দুষ্যন্তগী মফমদা অম্সুম্না হায়রি—

যোঽন্যথা সন্তমাত্মানমন্যথা প্রতিপদ্যতে।
কিং তেন ন কৃতং পাপং চোরেণাত্মাঽপহারিণা ॥

"মী অহনা অতোপ্পা মওঙ অমদা লৈবা আত্মাবু অতৈ অতোপ্পা মওঙ অমদা খঙহনা লৈ অহুগুমা আত্মঘাতী ওইবা (মশানা মশাবু হাত্তুনা লৈবা) মহাক্তা করম্না পাপ তৌদনা লৈ হায়বদি মহাক্ত পাপ পুম্নমকপু তৌহনা লৈ।"

মরম অসিনা অসিগুম্না আত্মাবু খঙদনা লৈবা মীশিংগী মরমদা শ্রুতিনস্থু অম্সুম্না হায়রি—

অসুর্য্যা নাম তে লোকাঃ অন্ধেন তমসাঽঽবৃতাঃ।
তাংস্তে প্রেত্যাভিগচ্ছন্তি যেকে চাঽঽত্মহনো জনাঃ ॥

(শু যজুঃ ৪০।৩)

"অজ্ঞানগী মশক ওইবা অমস্বনা কুপ্পুন্না লৈবা অসূর্য্য কৌবা লোক য়াম্না লৈ। আত্মাগী মশক খঙদতনা আত্মঘাতী ওইবা কনাস্তু ওইসনু মখোয়না শিরবা তুংদা অসিগুম্বা লোকশিং অদুদা চংলী।"

মরম অসিনা মীপুম খুদিংমক্না আত্মঘাতী ওইদনবা মশাগী আত্মাবু খঙননবা হোৎনগদবনি ॥ ২৮ ॥

অফ ফত্ত থবকশিং, তৌবা অমস্তু হকচা খুদি মক্তা তোপ্পা তোপ্পা লৈবা আত্মাশিং য়াম্না লৈ অদুগা মখোয়না তৌবগী মতুংইন্না অরা মুংঙাই (অফ ফত্ত) মহৈ চারস্তু চপ মান্নবা অমত্ত ওইবা আত্মা লৈ মাবু খঙদবা মীনা আত্মঘাতী ওই হায়রসি কয়না য়াগনি হায়না চিংনরবদা মসিগী পাউখুম ভগবান্না অস্মুম্না পীরি—

প্রকৃত্যৈব চ কর্ম্মাণি ক্রিয়মাণানি সর্ব্বশঃ।
যঃ পশ্যতি তথা'হহত্মানমকর্ত্তারং স পশ্যতি ॥ ২৯ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা:— যঃ = মী অদুনা কর্ম্মাণি সর্ব্বশঃ = মওঙ পুম্নমক্তা হকচা মন অমস্তু য়াহৈনা তৌবা থবক পুম্নমকপু প্রকৃত্যা এব চ = হকচাং ইন্দ্রিয়নচিংবগী মওঙদা ওন্থরক্নুনা লৈবী মায়াগী মশক ওইবী প্রকৃতিমক্তনা ক্রিয়মাণানি = তৌবা ঙাক্তনি পশ্যতি – অস্মুম্না য়েংই (খঙই উই) তথা – মতৌ অদুম্না আত্মানং – আত্মাবু অকর্ত্তারং (পশ্যতি) = অতৌবা নত্তে হায়না খঙই, স – অদুগুম্বা মহাক পশ্যতি = অশেংবা য়েংবা অমস্তুং খঙবা ওই ॥ ২৯ ॥

অপুনবা অর্থ:— মী অদুনা মওঙ পুম্নমক্তা হকচা, মন অমস্তুং য়াহৈনা তৌবা থবক পুম্নমকপু হকচাং ইন্দ্রিয়নচিংবগী মশক ওইনা ওন্থরক্নুনা লৈবী প্রকৃতিমক্তনা তৌবা ঙাক্তনি অস্মুম্না খঙই, মতৌ অদুম্না আত্মাবু অতৌবা নত্তে (কর্ত্তা নত্তে) হায়না খঙই। অস্মুম্না খঙবা মহাক অশেংবা খঙবা অমস্তুং য়েংবা ওই ॥ ২৯ ॥

অথূপ্পা বা

ব্যবহারদা (চংনবদা) "ঐনা তৌই", "ঐনা নীংই", "ঐনা হায়' অসিনচিংবা থবকশিং অসি "ঐ" হায়না খঙনরিবা আত্মানা তৌবা ঙাক্তনি অস্মুম্না খঙৈ। অদুবু বিচার (য়াখল) তৌদুনা য়েংলবদি আত্মাগী মশক ওইনা খঙনদুনা লৈবা অহিংবা হকচা নচিংবনা তৌবা থবক ঙাক্তনি। মদুদা চেতন আত্মাদি হকচাংনচি ববু চেতনা (অচংবগী মওঙ) পীবতনি। মহাক করিমত্ত তৌদে। "ঐনা চংলী" হায়রবসিদা হকচাংনা চংপনি, আত্মাদি চত্তে, মাদি মফম পুম্নমক্তা শীনথুংনা লৈবা মনুম্না চংপনচিংবা থবক অমত্ত তৌদে, মচী অমদা লৈবা অমস্তুং ক্রিয়া লৈবা পোত্তনা থবক তৌবনি, শীনথুংনা লৈবা আত্মাদদি ক্রিয়া লৈতে। আকাশ মফম পুম্নমক্তা

অমত্ত ওইনা লৈবা মরম্না কয়িমত্ত চত্তে, অহুবু চক্ষুগী মশক ওইবা উপাধিগী চৎপদনী মমু্দা লৈবা আকাশ অহুম্ভ চৎপগী মতৌগুম্না তৌই। মতৌ অহুম্না হকচাংনচি বনা চৎপনচিংবা থবক তৌবদা মখোয়বু (হকচা নচি ববু) উপাধি ওইনা লৌহ্না লৈবা আত্মানা চৎপনচিংবা থবক তৌবগুম উবদনি। মরম অসিনা অশেংবা মওঙদা আত্মা কয়িগুম্বা থবক অমগী অতৌবা নত্তে তৌরিবদি হকচাংনচি বনি। অহুগা হকচাংনচিংবা পুম্নকসি সত্ত্ব রজ অমসুং তম গুণ অহুমগী মশক ওইবী প্রকৃতিদগী অতোপ্পা মওঙ ওইনা ওস্থরক্লুংনা লৈবা ডাক্তুনি। মরম অসিনা শ্রীভগবান্না থবক পুম্নমক প্রকৃতিনা তৌবনি হায়রিবনি। মতৌ অহুম্না আত্মা ময়াম উরিবসিসু চক্ষু ময়ামগী মনু দা আকাশ ময়াম উবগী মতৌগুম্না হকচাং ময়ামদা লৈবা অন্তকরণ ময়াম ওইবা মরম্না মখোয়বু উপাধি ওইনা লৌহ্না লৈবা আত্মা অমত্তহ্না ময়াম ওইনা খঙনবত্তনি। মরম অসিনা আত্মাগী অশেংবা মশকপু শ্রুতিনা অসুম্না তাক্লি— "নিষ্কলং নিষ্ক্রিয়ং শান্তম্ (শ্বে উ ৬।১৯)— "আত্মা অসি মচেং-মকায় তাদবনি মচি অমদা শৈরগা মচি অমদা লৈতবা পোং নত্তে (শীনথুংনা লৈবা পোংনি) ক্রিয়া লৈতবনি (থবক তৌদবনি) অমসুং মকম পুম্নমক শীনথুংনা তপ্না লেঙদনা লৈবনি।" মরম অসিনা পাপ পুণ্য নচিংবা পুম্নমক অত্মাগী উপাধি ওইবা অন্তকরণশিংগী ধর্ম্ম ডাক্তুনি, মখোয়দগী ওইবা অৱা নুংঙাইনচিংবসু অন্তকরণশিংগীদা ওইবা ডাক্তুনি আত্মাগী অমত্তসু নত্তে। অহুবু হৌনশা ওইনা ঈশি অসি অঈংবা পো ওইরবসু উপাধি ওইনা লাকপা মৈগা শম্নবদগী ঈশিং শাই হায়না খঙবগুম আত্মাসু হৌনশা ওইনা অৱা নুঙাই নচি বগী ভোক্তা (অচাবা মী) ওইত্রবসু উপাধি ওইবা হকচা, অন্তকরণনচিংবগা অমত্তা ওইনা শম্নবগুম তৌবদগী মখোয়দা ওইবা (হকচাং অন্তকরণনচিংবদা ওইবা) অত্তেন-অশাং অৱা নুংঙাইনচিংবা ধর্ম্মশিংবু ব্যবহারদা আত্মাগী ওইনা খঙনবত্তনি। তশেংনা আত্মা ভোক্তা (অচাবা মী) নত্তে। মরম অসিদগী শ্রুতিনা হায়রি - "আত্মেন্দ্রিয়মনোযুক্তং ভোক্তেত্যাহুর্মনীষিন" (কঠ উ ১।৩।৪)— "হকচাং, ইন্দ্রিয় অমসুং মনগা (অন্তকরণগা) লোয়ননা তিনরগা আত্মাসি ভোক্তা ওই হায়না বিচার তৌহ্না লৈবা জ্ঞানীশংনা হায়।" মরম অসিনা থরায় পানবা পুম্নমক্তা চপ মান্নবা লৈবা আত্মা অমত্তনি, মহ্ ঐখোয় পুম্নমকী অশেংবা মশক্কি হায়বসি খঙগদবনি ॥২৯॥

অহান্বা শ্লোক্তা ক্ষেত্রগী মশক ওইবা হকচাংনচিংববু তোঙান তোঙান য়ারগা মখোয় পুম্নমক অহুদা অমত্তা ওইবা আত্মা লৈ, আত্মাদি ময়াম নত্তে হায়বসি তাক্লগা হৌজিক ক্ষেত্রগী মশক ওইবা হকচাংনচিংবা ময়াম অহুম্ভ মায়ানা মরম ওইহ্না ময়াম ওইনা অমত্তা ওইবা আত্মাদা উবনি, মখোয় আত্মা নত্তনা অতোপ্পা অমা নত্তে হায়বসি তাক্লুনা মথং শ্লোকগী মহৈ হায়রি—

যদা ভূতপৃথগ্ভাবমেকস্থমনুপশ্যতি।
তত এব চ বিস্তারং ব্রহ্ম সম্পদ্যতে তদা ॥৩০॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা :**— যদা ( সাধক )=করিগুম্বা মতম অহুদ সাংক অহুনা, ভূতপৃথগ ভাবং= অচেতন ওইবা ( চঙদবা ) অচং চত্তা তাইবঙ পুম্নমকসিগী তোঙান তোঙানবা মতৌসি একস্থম =অমত্তা ওইবা আত্মাদা মাযানা মরম ওইহুনা লৈবনি চ—অ গা তত এব- অমত্তা ওইবা আত্মা অহুমক্তদগী বিস্তারম=তাইবঙপান অসি শন্দোক্লকপনি (ওইরকপনি) অস্তুম্না অনুপশ্যতি =শাস্ত্র আচার্য্যনচিংবদগী খঙই, তদা= মতম অহুদা ( স ) ব্রহ্ম সম্পদ্যতে=মহাক ব্রহ্মদা তিনবগী মশক ওইবা মোক্ষ ফংই ॥ ৩ ॥

**অপূনবা অর্থ** — করিগুম্বা মতমদা সাধক অহুনা অচেতন ওইবা অচং চত্তা তাইবঙপানসিগী তোঙান-তোঙানবা মতৌসি অমত্তা ওইবা আত্মাদা মাযানা মরম ওইহুনা আরোপ তৌহুনা লৈবনি, অহুগা অমত্তা ওইবা আত্মা অহুমক্তদগী তাইবঙপান অসি শন্দোকপনি ( ওইরকপনি ) হায়না শাস্ত্র আচার্য্যনচিংবদগী খঙই, মতম অহুদা মহাক্না ব্রহ্মদা তিনবগী মশক ওইবা মোক্ষ ফংই । ৩ ॥

### অথুপ্পা বা

ঐখোয়না তুম্বনা মরম ওইহুনা অমত্ত ওইবা আত্মাদা মঙগী মখল মখা অয়াম্বা তাইবঙ উই মখোয পুম্নমক অহু অমত্তং ওইবা আত্মাদা লৈবা ঙাক্তনি, মঙ উরিবা আত্মা অহুদগী অতোপ্পা অমা নত্তে। মতৌ অহুম্না এখোয়না হৌগত্তুনা লৈবা মতমসিদা উরিবা মখল মখা অযাম্বা তাইবঙপানসিস্তু মায়াগা মরম ওইহুনা অমত্ত ওইবা আত্মাদা ময়াম ওইনা উহুনা লৈবনি, অশেংবমক্তি অমত্ত ওইবা আত্মা অহুদগী অতোপ্পা অমা নত্তে। মরম অসিনা শ্রুতিনা তাক্লি— "আত্মৈবেদং সর্ব্বম্" ( ছা উ ৭।২৫।২ )— "তাইবঙপানসি আত্মামক্তনি।" অহুগা শন্দোক্লা লৈরিবা তাইবঙপানসি আত্মামক্তদগী শন্দোকপনি হাযবসিবুস্তু শ্রুতিনা অস্তুম্না হায়রি— "আত্মতঃ প্রাণঃ, আত্মত আশা আত্মত স্মর আত্মতঃ আকাশং, আত্মতস্তেজ, আত্মত আপ আত্মতঃ আবির্ভাবতিরোভাবৌ আত্মতোঽন্নং আত্মত এবেদং সর্ব্বমিতি॥" ( ছা উ ৭।২৬।১ )— "আত্মাদগী প্রাণ ( থবায় ), আত্মাদগী আশা ( নীংবা ) আত্মাদগী কাম ( পাম্বা ) আত্মাদগী আকাশ ( অতিয়া ), আত্মাদগী মৈ আত্মাদগী ঈশিং ওইরকই, আত্মাদগী কোঙদোকপা অমস্তুং থুপচিনবা ( পোকপা শিবা ) ওই, আত্মাদগী চীঞ্জাক ওইরকই আত্মাদগী পুম্নমক ওইরকই ॥"

মরম অসিনা য়াম্না পাক চাউবা লৈরিবা তাইবঙপান অসি আত্মা নত্তনা অতোপ্পা অমা নত্তে খঙবা সাধকুনা ব্রহ্মদা তিনবগী মশক ওইবা মোক্ষ ফংই হায়বসি ভগবাম্না তাকপনি মসিগী মরমদা অতোপ্পা শ্রুতিনা হায়রি—

যস্মিন্ সর্ব্বাণি ভূতানি আত্মৈবাভূদ্বিজানতঃ।
তত্র কো মোহঃ কঃ শোক একত্বমনুপশ্যতঃ ।
(শু যজু ৪০।৭)

"জ্ঞান ওইবগী ফীবম অহুদা জ্ঞানীহুগী অচৎ চত্ত তাইবংপানসি আত্মামক্তগী মশক ওই, অহুগুম্বা মতম অহুদা অমত্ত ওইবা আত্মাবু খঙহুনা লৈরবা জ্ঞানীহুগী করম্বা শুমহৎপা অমসুং করম্বা অবাবা ওইগনি" । ৩ ॥

হৌনশা ওইনা আত্মা কর্ত্তা নত্রবসু হকচা, ওইবা উপাধিনা মরম ওইহুনা আত্মা কর্ত্তা ওইবা যাই অদুম্বা চিংনরবদা উপাধিনা মরম ওইরগা আত্মা কর্ত্তা ওইবা যাদে হায়বা হৌজিক ভগবান্না তাক্লি—

অনাদিত্বান্নির্গুণত্বাৎ পরমাত্মায়মব্যয় ।
শরীরস্থোপি কৌন্তেয় ন করোতি ন লিপ্যতে ॥ ৩১ ।

অন্বয় ব্যাখ্যা — কৌন্তেয=কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন! অয়ং পরমাত্মা= পরমাত্মা ওইবা আত্মাসি অনাদিত্বাৎ—করিগুম্বা মচাক অমদগী পোকপা লৈতবদগী নির্গুণত্বাৎ— গুণ অমত্তা লৈতবদগী, অব্যয় =মাঙ তাকপা লৈতে মশাগী মওং কায়দনা মতম পুম্নমক্তা লৈ মরম অসিনা— শরীরস্থ অপি—হকচা, লৌহুনা হায়বদি হকচাংবু উপাধি ওইনা লৌহুনা লৈরবসু, ন করোতি—কম্নিমত্তা তৌদে অহুগা ন লিপ্যতে=কর্ম্মগী মহৈগা লোয়নবসু করিমত্তা শম্নদে হায়বদি কর্ম্মগী মহৈ চাবা ওইদে ॥ ৩১ ॥

অপুনবা অর্থ:— কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন! পরমাত্মাগী মশক ওইবা আত্মাসি করিগুম্বা মচাক অমদগী পোকপা নত্তবদগী অহুগা করিগুম্বা গুণ অমত্তা লৈতবদগী মাঙ-তাকপা লৈতে মশা মওং কায়দনা মতম পুম্নমক্তা লৈ। মরম অসিনা হকচাং লৌহুনা লৈরবসু করিমত্তা তৌদে অহুগা কর্ম্মগী মহৈগসু করিমত্তা শম্নদে ॥ ৩১ ॥

অথূপ্পা বা

"ক্ষেত্রজ্ঞং চাপি মাং বিদ্ধি" (গী ১৩।২)— অদুম্বা ক্ষেত্রজ্ঞ আত্মাসিবু কৃষ্ণ ঐমক্লি হায়হুনা পরমাত্মাদগী খেন্নদনা তাক্লিনা আত্মাসি মাবু শাগৎননা মচাক লৈতনা মরম্না পোক্লে (অনাদিনি)। মরম অসিনা মাগী শিবসু লৈতে মহাক নিতানি (মতম পুম্নমক্তা লেংদনা লৈবনি)। অহুগা মাবু গুণ লৈবনি হায়না হায়বদি গুণ হৌনশা ওইনা মওং ওন্দুনতা লৈবা মরম্না মাগী (আত্মাগী) মওংসু ওন্দুনতা লৈগনি, মহাক অরেপ্পা মওং অমদা লৈরোই। মরম অসিদগী আত্মা পোকপা শিবা নাইদনা তেক্লে কায়দনা লেংদনা লৈ হায়নসি তাকে হায়নগীদমক মক্তম

অসিদা আত্মাবু নিগুণনা (গুণ অমত্তা লৈতবনি) অসুম্না ভগবান্না হায়রি। মরম অসিনা মহাক (আত্মা) মশাগী মওংদা লেংদনা মতম পুম্নমক্তা লৈবদগী হকচাংগী মনুংদা লৈ হায়না খওনরবসু হকচাংনা তৌবা থবক্তা করিমত্তা য়াওদে। অশেংবা মওংদ'দ মহাক মফম পুম্নমক্তা শীনথুংনা লৈবনি, অদুবু হকচাং ওইবা উপাধি অসিতদা কোংদোক্লুনা উবা মরম্না হকচাংগী মনুংদা লৈ হায়বনি। মতৌ অসুম্না হকচাংগী মনুংদা মহাক ফোংদোক্লবসু করিমত্তা তৌদবা মরম্ কর্ম্মগী মহৈগসু শম নদে। তৌরিবদি হকচা না মরম ওইদুনা অন্ত করণনা তৌবনি আত্মচৈতন্যনা চান্থোক্লুনা থম্না মরম্ অচেতন ওইরবসু অন্ত করণনা থবক পুম্নমক্কী কত্তানি। মরম অসিনা কর্ম্মগী মহৈবুসু তৌরিবা মীনা চাবনি আত্মানা চাবা নত্তে। মসিগী মরমদা ১৩শুবা ২৯ শুবা শ্লোকী অথুপ্প রাদা শন্দোক্ল হায়রে ॥ ৩১ ॥

হকচা দা আত্মা লৈরবসু মহাক হকচাংনা তৌবা থবকশিংগা করিমত্তা শম নদে (মরী লৈনদে) হায়বসিদা দৃষ্টান্ত (খুদম) পীদুনা অসুম্ তাক্লি—

যথা সর্ব্বগতং সৌক্ষ্ম্যাদাকাশং নোপলিপ্যতে।
সর্ব্বত্রাঽবস্থিতো দেহে তথাঽঽত্মা নোপলিপ্যতে ॥ ৩২ ॥

অন্বয়ব্যাখ্যা —যথা=মতৌ অসুম্না সর্ব্বগতং আকাশং=মফম পুম্নমক্তা শীন থুংনা লৈবা আকাশ (অতিয়া) সৌক্ষ্ম্যাৎ—য়ামনা কুপ্প পোৎ ওইবা মরমদগী, ন উপলিপ্যতে—করিগুম্বা পোৎ অমগা শমনদে (পক্লদে) তথা=মতৌ অদুম্, সর্ব্বত্র দেহে=হকচাং পুম্নমক্ত অবস্থিত আত্মা=শীনথু না লৈবা আত্মা ন উপলিপ্যতে=হকচাংগী করিগুম্বা অফ ফত্তগা লোয়ননা শম নদে (পক্লদে) ॥৩২॥

অপুন্ন অর্থ — মফম পুম্নমক্তা শীনথুংনা লৈবা আকাশ য়ামনা কুপ্প পোৎ ওইবা মরমদগী করিগুম্বা পোৎ অমত্তগা লোয়ননা শম নদে মতৌ অসিগুম্না হকচাং পুম্নমক্ত শীনথুংনা লৈবা আত্মা হকচাংগী করিগুমবা অফ ফত্তগা লোয়ননা শম নদে (পক্লদে) ॥৩২॥

সূপ্প আত্মা হৌনশা ওইনা করিগুম্বা অমত্তগা শম নদে হায়বদ নত্তে মহাক পুম্নমকপু মঙান পীবিবা ওইবা মরমদগী ঙালহল্লিবা পোৎ অদুগা লোয়ননসু শম নদে হায়বসিবু খুদমগা লোয়ননা তাক্লি—

যথা প্রকাশয়ত্যেকঃ কৃৎস্নং লোকমিমং রবি।
ক্ষেত্রং ক্ষেত্রী তথা কৃৎস্নং প্রকাশয়তি ভারত ॥৩৩॥

অন্বয় ব্যাখ্যা:—ভারত=ভরত নিংথৌগী শাগৈদা পোকপা হে অর্জ্জুন! যথা=মতৌ অসুম্; এক রবি =নুমিৎ অমথক্তনা, কৃৎস্নং ইমং লোকং—মওং মচু লৈবা তাইবংপানসিবু

প্রকাশয়তি=ঙানখোকহল্লী, তথা=মতৌ অহুম, ক্ষেত্রী=অমত্ত ওইবা ক্ষেত্রজ্ঞ আত্মাসিনা, কৃৎস্নং ক্ষেত্রম=ক্ষেত্রগী মশক ওইবা হকচাং ইন্দ্রিয় নচিংবা পুম্নমকপু, প্রকাশয়তি—ঙানখোকহল্লী ॥৩৩।

অপূর্ব অর্থ ঃ— ভারতকী শাগৈদা পোকপা হে অর্জ্জুন! মতৌ অম্মুম্না নুমিৎ অমত্তনা মওঙ মচু লৈবা তাইবঙপানসিবু ঙানখোকহল্লী মতৌ অহুম ক্ষেত্রজ্ঞ ওইবা আত্মাসিনা ক্ষেত্রগী মশক ওইবা হকচাং ইন্দ্রিয় নচিংবা পুম্নমকসিবু ঙান্থোকই ॥৩৩।

অথূপ্পা বা

নুমিৎকী মঙান্না মওঙ অমম্মং মচু লৈবা তাইবঙপান অসিবু ঙানখোকহল্লী অহুগা ঙান খোক্লিবা অফ ফত্ত পোংশিংহুগা লোয়নবা নুমিৎকী মঙানসি করিমত্ত শম নদনা অফ ফত্ত থাযদনা অমত্ত ওইনা লৈ। মতৌ অহুম ক্ষেত্রজ্ঞ আত্মাসিনা ক্ষেত্র ওইবা হকচাং ইন্দ্রিয় নচিংবা পুম্নমকপু ঙানখোকহন্দুনা থমই অহুবু মহাক হকচাংনচিংবগী করিগুম্বা অফ ফত্ত অমগা লোয়নবা শমনদে মতম পুম্নমক্ত তোঙান্না লৈ। মসিবু শ্রুতিনম্ম হায়রি—

সূর্য্যো যথা সর্ব্বলোকস্য চক্ষু  
ন লিপ্যতে চাক্ষুষৈর্বাহ্য দোষৈঃ।  
একস্তথা সর্ব্বভু তান্তরাত্মা  
ন লিপ্যতে লোকদু খেন বাহ্য ॥  
(কঠ উ ২।২।১১)

"তাইবঙপানগী মীংকী মশক ওইবা নুমিৎনা মীংকা মরী লৈনবা মপানগী পোংশিংগী অফ ফত্তশিংগা লোয়নবা করিমত্তা শম্নদবগুম্না (পকশিন্নদবগুম্না) থরায় পানবা পুম্নমক্কী মথুংদা অমত্ত ওইনা লৈবা আত্মাসিবু থরায় পানবশিংগী অরা নুংঙাইনচিংবগা করিমত্তা শম্নদে পক্লদে, মহাক মতম পুম্নমক্তা মহুগী মপান্দা লৈ॥" ॥ ৩৩ ॥

হৌজিক অধ্যায়সিদা হায়খিবা বা পুম্নমকপু মহৈগা লোয়নবা লোইশিন্দুনা শ্রীভগবান্না অম্মুম্না হায়রি—

ক্ষেত্রক্ষেত্রজ্ঞয়োবেবমন্তরং জ্ঞানচক্ষুষা।  
ভুত প্রকৃতি মোক্ষং চ যেবিদুর্যান্তি তে পরম্ ॥ ৩৪ ॥

ইতি শ্রীমদ্ভগবদ গীতাসুপনিষৎসু ব্রহ্মবিদ্যায়াং যোগশাস্ত্রে  
শ্রীকৃষ্ণার্জ্জুনে সংবাদে ক্ষেত্র ক্ষেত্রজ্ঞ যোগো নাম্ ত্রয়োদশোহধ্যায়ঃ ॥১৩।

**অন্বয ব্যাখ্যা :**— যে=মীশিং অদুবা, জ্ঞান চক্ষুষা=শাস্ত্র, আচার্য্যনচিংবদগী ষংব, আত্ম জ্ঞানগী মশক ওইবা মীং অদুনা, এবম=মথক্তা হায়খিবগী মতৌশুম্না, ক্ষেত্র ক্ষেত্রজ্ঞয়ো অন্তর = ক্ষেত্র ওইবা হকচাংনচিংবা অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞ ওইবা আত্মাসিগী খেন্নবসিবু, চ=অদুগা, ভূতপ্রকৃতি মোক্ষং=অচৎ চত্ত তাইবঙ পুম্নমক্কী মচাক প্রকৃতিগী মশক ওইবী মায়াদগী কনম তৌবা নাস্মোকপা ঙমগদগে হায়বসিবু, বিদু্ং=খঙই, তে=অদুগুম্বা মীশিং অদুনা, পরং যান্তি=অথোইবা খুবম মোক্ষবু ফংই ॥ ৩৪ ॥

**অপুনবা অর্থ**।— মী মখোয়শিং অদুনা শাস্ত্র আচার্য্যনচি বদগী ফংবা আত্মজ্ঞানগী মশক ওইবা মীং অদুনা মথক্তা হায়খিবগী মতৌশুম্বা ক্ষেত্র ওইবা হকচাংনচিংবা অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞ ওইবা আত্মাসিগী অদুগা তাইবঙগী মচাক প্রকৃতিগী মশক ওইবী মায়াদগী কনম্না নাস্মোকপা ঙমগদগে হায়বসিবু খঙই, অদুগুম্বা মীশিং অদুনা অথোইবা খুবম মোক্ষবু ফংই ॥ ৩৪ ॥

মতৌ অসুম্না শ্রীভগবান্না তাকপা উপনিষৎশিংদা ব্রহ্মবিদ্যাগী মশক ওইবা
যোগশাস্ত্রগী মনুংদা অর্জুন অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী নাহং পাউখুম ওইনা চাউননদা
"ক্ষেত্র ক্ষেত্রজ্ঞবিভাগযোগ" কৌবা তরাহুমদোইশুবা অধ্যায়গী
স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিনা ইবা অথুপ্পা নাগা
লোয়নবা অন্বয় ব্যাখ্যা লোইরে। ১২।

॥ হরি ওঁ তৎসৎ ॥

— ও —



# শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতা

( অথ চতুর্দশোঽধ্যায়ঃ )

তরামথিগুবা অধ্যায়

শ্রীপরমাত্মনে নমঃ ॥

তরামথিগুবা অধ্যায়সিগী মমিং "গুণত্রয়বিভাগ যোগ" নি। মসিদা প্রকৃতিগী সত্ত্ব রজ অমসুং তম গুণ অহুমবু খাইদোক্না মখোয়গী মশক তাক্লনি অমসুং স্বভাব হায়গনি। অহুগা অহানবগী তরাহুমদোই শুবা অধ্যায়দা ক্ষেত্রগী মশক ওইবা প্রকৃতি অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞ ওইবা পুরুষ (আত্মা) অনীসিগী মরী লৈনবদগী থবায় পানবা তাইবংপুম্বসি পোক্লকই ( গী ১৩।২৬ )— অসুম্না হায়খিবহুদা ঈশ্বরবু য়াদবা কপিল ঋষিগী মত সাংখ্য সিদ্ধান্তবু ককথংলগা ঈশ্বরগী মখা পোন্দুনা ক্ষেত্র অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞগী মরী লৈনবনি অসিনচিংবা তাক্লে হায়বগীদমক অধ্যায় অসি হৌবনি। মতৌ অসুম্না অধ্যায় অসিদা তুংদা হায়রকদবা ৱাশিংহুবু থাগত্নুনা অহানবদা শ্রীভগবান্না অসুম্না হায়রবা হৌই—

শ্রীভগবানুবাচ।

পরং ভূয়ঃ প্রবক্ষ্যামি জ্ঞানানাং জ্ঞানমুত্তমম্।
যজ্জ্ঞাত্বা মুনয়ঃ সর্ব্বে পরাং সিদ্ধিমিতো গতাঃ ॥ ১।

**অন্বয় ব্যাখ্যা :—** শ্রীভগবান উবাচ=শ্রীভগবান্না হায়রিখি, জ্ঞানানাং=আত্মজ্ঞান ফংনবা সাধনশিংগী মনুংদা, উত্তমং, পরং, জ্ঞানং=খ্বায়দগী অথোইবা অমসুং পরমাত্মাবু খংনবা জ্ঞানগী সাধন অহুবু, ভূয়ং=অহানবদা কয়ারক হন্না হায়প্রবস্থ হৌজিক অমুক হন্না, প্রবক্ষ্যামি=কৃষ্ণ ঐনা মীংথিনা হায়গে, যং জ্ঞাত্বা=অহুগুম্বা জ্ঞানগী সাধন অহুমু খংলগা (ফংলগা), সর্ব্বে মুনয়=পরমাত্মাগী মরমদা বিচার তৌরবা লৈবা মুনি পুম্নমক ইতঃ=মসিদগী শিন্নবা তুংদা, পরাং সিদ্ধিং=অথোইবা মোক্ষগী মশক ওইবা সিদ্ধিবু, গতা—ফংখি ॥ ১ ॥

**অপুনবা অর্থ** — শ্রীভগবাননা হায়রিবি— আত্মজ্ঞান ফংনবা সাধনশিংগী মনুংদা থাবদগী অথোইবা অমস্তুং পরমাত্মাবু খঙনবা জ্ঞানগী সাধন অদুবু অমুক হন্না কৃষ্ণ ঐনা নীংথিনা হায়গে। অদুগুম্বা জ্ঞানগী সাধন অদুবু খঙলগা পরমাত্মাগী মরমদা বিচার তৌদুনা লৈবা মুনি ( সন্ন্যাসী ) পুম্নমক মসিদগী শিন্নবা তুংদা অথোইবা মোক্ষগী মশক ওইবা সিদ্ধিসিবু ফংখি ॥ ১ ॥

মথক্তা হায়রিবা জ্ঞানসিনা ফংগদবা সিদ্ধি অদু মাঙতাকপা লৈতবা মোক্ষগী মশক্কি হায় বসিবু হৌজিক অস্তুম্না তাক্লি—

ইদং জ্ঞানমুপশ্রিত্য মম সাধর্ম্ম্যমাগতা ।
সর্গেঽপি নোপজায়ন্তে প্রলয়ে ন ব্যথন্তি চ ॥ ২ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** ঃ— ইদং জ্ঞান =মথক্তা হায়খ্রিবা জ্ঞানসিবু ( জ্ঞান ফংনবা সাধনসিবু ), উপাশ্রিত্য = নীংথিনা তৌদুনা (লৌদুনা) মম সাধর্ম্যং=পরমেশ্বর ওইবা কৃষ্ণ ঐগী ইশকপু খেন্নবা লৈতনা আগতা =ফংলবা মখোয় মুনিশিং সর্গে অপি= লৈশেম মতমদস্তু ন উপজায়ন্তে=পোক্তে, প্রলয় চ=প্রলয় মতমদস্তু ন ব্যথন্তি =অরাবা কন্নিমত্ত ফংদে হাযবদি পোকপা শিবা নাইদে॥২॥

**অপুনবা অর্থ** — মথক্তা হায়খ্রিবা জ্ঞানগী সাধনসিবু নীংথিনা তৌদুনা পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐগী ইশকপু খেন্নবা লৈতবা ফংলবা মুনিশিং ব্রহ্মাগী সৃষ্টি ( লৈশেম্বা ) মতমদস্তু পোক্তে, অদুগা প্রলয় ( লৈ মাং ) মতমদস্তু অবাবা কন্নিমত্ত ফংদে ( পোকপ শিবা ) নাইদে ॥ ২ ॥

মতৌ অস্তুম্না তুংদা হায়গদৌরিবা জ্ঞানগী সাধনবু খাগৎলগা হৌজিক তাইবঙসিগী পোকপদা ঈশ্বরগী মথা পোন্দুনা লৈবা প্রকৃতি অমস্তু ক্ষেত্রজ্ঞ আত্মা মরম ওইবনি। সাংখ্যসিদ্ধান্তগী মতুংইন্না মখোয় অনী ( প্রকৃতি অমস্তুং ক্ষেত্রজ্ঞ আত্মা ) মনীংতম্না তাইবঙগী মরম ওইবা নাদে মসিবু তাক্লুনা শ্লোক অনীনা মথাদা তাক্লি -

মমযোনির্মহদ্ ব্রহ্ম তস্মিন্ গর্ভং দধাম্যহম।
সম্ভবঃ সর্ব্বভূতানাং ততো ভবতি ভারত॥ ৩॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — ভারত=ভারতকী শাগৈদা পোকপা হে অর্জ্জুন ! মম=পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐগী ( কৃষ্ণ ঐঙোন্দা চঙজদুনা লৈবী ) গুণ অহুম্না তিননবী মায়া, যোনী =তাইবঙপুম্বা পোক্লবগী প্রকৃতিনি ( মচাক ওইবা মরম্নি ), মহাক অদু, মহৎ ব্রহ্ম=মানা শাবা পোংশিদগী হেন্না চাওবা মরম্না মহৎ অদুগা মানা শাবা পোং পুম্নমক্কী চাওখৎনবা তৌবা মরম্না ব্রহ্মনি, তস্মিন=মহৎ অমস্তুং ব্রহ্মগী মশক ওইবী প্রকৃতি অদুদা অহং=ক্ষেত্র অমস্তুং ক্ষেত্রজ্ঞ ওইবা শক্তি অনীদা তিন্দুনা লৈবা পরমাত্মা কৃষ্ণ ঐনা, গর্ভং দধামি=তাইবঙপানসি ওইরক্নবা মরূ হল্লী, তত — মদুদগী, সর্ব্বভূতানাং সম্ভব ভবতি—অচৎ চত্ত তাইবঙপানসিগী পোকপা ওই ॥ ৩ ॥

**অপুনবা অর্থ ঃ—** ভবত্তকী শাগৈদা পোকপা হে অর্জ্জুন। কৃষ্ণ ঐঙোন্দা চঙজহুম্না লৈবী অমসুং গুণ অহুম্না তিনবী মায়াসি তাইবঙপান পোক্নবগী প্রকৃতিনি (মচাক্নি), মহাক অহু মান্না শাবা পোংশিংদগী হেন্না চাউবা মরম্না মহৎ অমসুং মান্না শাবা পোং পুম্নমকী চাওখৎনবা মরম ওইবনা ব্রহ্মনি (অসুম্না খঙৈ) অসিগুম্বা মহৎ অমসুং ব্রহ্মগী মশক ওইবী প্রকৃতি অহুদা কৃষ্ণ ঐনা তাইবঙপানসি পোক্নবা মরূ হুল্লী মতুদগী অচং চত্ত তাইবঙপানসিগী পোকপা ওই ॥৩॥

অথূপ্পা বা

কপিল ঋষিগী সাংখ্যসিধান্তদা খ্বায়গী মপু ওইবা অমসুং শক্তি পূম্নমক্না তিন্দুনা লৈবা ঈশ্বর অমা জীবশিংদগী তোপ্পা লৈ হায়বসি য়াদে। মহাকী সিদ্ধান্তদা প্রকৃতি অমসুং পুরুষ (জীবাত্মা) অনীসিদা লৈ হায়বসি য়াই। প্রকৃতিবু মখল কুনমরি থোক্না খায়দোক্নগা পুরুষকা লোয়ননা তত্ত্ব কুনমঙানি হায়না য়াই। মহুদা অচেতন (চঙদবা অশিবা) প্রকৃতিনা পুরুষকী (জীবাত্মাগী) ভোগ অমসুং মোক্ষ পীনবগীদমক মনী তম্না তাইবঙসিবু শেমই হায়বসি য়াই। অহুবু বিচার তৌহুনা য়েংলবদি অচেতন ওইবা (অশিবা) প্রকৃতিনা করিমত্তা খঙদবদগী মনী তম্না জীবাত্মাগী ভোগ অমসুং মোক্ষ পীনবা থবক তৌবদা চঙই হায়বসি য়াদে। মরম অসিনা পুম্নমক খঙবা অমসুং পুম্নমক তৌবা ঙম্বা ঈশ্বরনা প্রকৃতিবু থৌজিন্দুনা জীবশিংনা তৌরকপা কর্ম্মগী মতুংইন্না মখোয়বু ভোগ পীননবগীদমক থবক পুম্নমক তৌহল্লী হায়বসি শোয়দনা য়াগদবনি। মরম অসিনা শ্রুতিনা হায়রি— "মায়াস্তু প্রকৃতিং বিদ্যান্মায়িনন্তু মহেশ্বরম" (শ্বে উ ৪।১)— "মায়াবু তাইবঙসিগী প্রকৃতি অহুগা মহেশ্বরবু মায়াবী (মায়াবু শীজিন্নবা মপু) নি হায়না খঙগদবনি। অহুগা ভাগবত পুরাণগী মনুংদসু অসুম্না হায়রি— "প্রকৃতির্হ্যস্যোপাদানমাধার পুবষ পব" (১১।২৪।১৯)— তাইবঙপানসিগী শানবা মচাক্তি প্রকৃতিনি অহুগা পরমাত্মা অসিগী (তাইবঙপানসিগী) চঙজহুনা লেনবা মকম্নি।" মরম অসিনা প্রকৃতি ঈশ্বরগী মথা পোনবীনি হায়বসি সিদ্ধ ওই। অহুগা মহাপ্রলয়গী তুংদা জীবশিংনা অনানবা (মমাঙগী) কল্পদা তৌখিবা কর্ম্মশিংগী মহৈ পীনব। মতম লাক্নবদা পরমাত্মাগী— "বহুস্যাং প্রজায়েয়" (ছা উ ৬।২।৩, তৈ উ ২।৬)— "অমত্ত ওইবা ঐনা ময়াম ওইনা প্রজাশিং ওইগে" হায়বা সংকল্পসি (পুক্নীংদা লেপ্পসি) তাইবঙপান ওইনবা প্রকৃতিদা মরূ হুনবনি। মহুদগী অচ চত্ত তাইবঙ পুম্বসি পোক্নকপনি ॥ ৩ ॥

অচং চত্ত থবায় পানবা পুম্নমকী হকচাংশিংসু পরমাত্মানা জীবশিংগী কর্ম্মশিংগী মতুংইন্না মরূ হুন্দুনা প্রকৃতিদগী পোক্নুনা লৈবা ঙাক্তনি হায়বসিবু অসুম্না তাক্লি—

সর্ব্বযোনিষু কৌন্তেয় মূর্ত্তয়ঃ সম্ভবন্তি যাঃ।
তাসাং ব্রহ্মমহদ যোনিরহং বীজপ্রদঃ পিতা॥ ৪॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— কৌন্তেয়=কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন? সর্ব্ব যোনিষু—লাই মী উচেক শা, ভামচিংবা মখল মখা য়াম্না যোনিশিংদা (পোক্লফমশিংদা), যা মূর্ত্তয় সম্ভবন্তি—অতোপ অতোপ্পা কায়াংশি লৈবা হকচাংশিং পোকই, তাসাং=মখোয় পুম্নমক অহুগী মহৎ ব্রহ্ম যোনি =মহৎ অমসুং ব্রহ্মনি হায়খিবা মায়াগী মশক ওইবী প্রকৃতি পোক্লফম মমানি অহুগা— অহং= পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐসি বীজপ্রদ পিতা—জীবশিংগী কর্ম্মগী মতু ইন্না মহুদা মরু হুনবা মপানি॥৪॥

অপুনবা অর্থ ঃ— কৃন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন! লাই মী উচেক শা ভামচি বা মখল মখা য়াম্না যোনিশিংদা (পোক্লফমশিংদা) অতোপ অতোপ্পা কায়াংশি লৈবা হকচা শি পোকই মখোয় পুম্নমক অহুগী মহৎ অমসু ব্রহ্মনি হায়খিবা মাযাগী মশক ওইবী প্রকৃতি পোক্লফম্নি (মমানি) অহুগা পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐসি জীবশি গী কর্ম্ম মতুং ইন্না মহুদা মরু হুনবা মপানি॥৪॥

মতৌ অস্মুম্না ক্ষেত্রগী মশক ওইবা হকচা নচি বা অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞ আত্মাগা মরী লৈনবসি ঈশ্বরগী মখা পোননবনি ঈশ্বর যাদবা সাংখ্যগী সিদ্ধান্তগুম্বা নত্তে হায়রগা হৌজিক মঙাশুবা শ্লোকসিদগী হৌহুনা তরানীপাল শুবা শ্লোক ফাওবদা প্রকৃতিগী গুণ করি করিনো, মখোয়না ক্ষেত্রজ্ঞ আত্মাবু করম্না পুল্লী অসিনচি বা তাকুবা হৌরি—

সত্ত্বং রজস্তম ইতি গুণা প্রকৃতি সম্ভবাঃ।
নিবধ্নন্তি মহাবাহো দেহে দেহিনমব্যয়ম্॥ ৫॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — মহাবাহো=পান্থোম চাউবা হে অর্জ্জুন! সত্ত্ব, রজ তম ইতি=সত্ত্ব রজ অমসুং তম অহুমসি প্রকৃতি সম্ভবা গুণা =পরমেশ্বরগী মায়াগী মশক ওইবী প্রকৃতিদগী ওন্থরকুবা ওইরকপা গুনশিংনি মখোয়সিনা, দেহে=হকচাংসিদা, অব্যয়ং দেহিনম = হকচাং লৌহুনা লৈবা মাং তাকপা লৈতবা জীবাত্মাসিবু নিবধ্নন্তি=সংসারসিদা পুন্দুনা থম্মি॥ ৫॥

অপুনবা অর্থ — পান্থোম চাউবা হে অর্জ্জুন! সত্ত্ব, রজ অমসুং তম অহুমসি প্রকৃতিদগী ওন্থরকুবা ওইরকপা গুণশিংনি মখোয় অসিনা হকচাংশিংদা হকচাংবু লৌহুনা লৈবা মাং তাকপা লৈতবা জীবাত্মাসিবু পুন্দুনা থম্মি॥ ৫॥

অথূপ্পা বা

সত্ত্ব, রজ অমসুং তম গুণ অহুমসি অমনা অমবু হেন্দনা চপ মান্নবা লৈবা প্রকৃতিগী মওঙবু প্রধান কৌই। মহাপ্রলয়গী মতমদা প্রকৃতিসি প্রধানগী মওঙদা লৈ, মহাকী মশক, অহুম অসিমক্কি, অতোপ্পা অমা নত্তে। সত্ত্ব গুণ য়াম্না য়াংবা অমসুং মঙাল পীবা ভুম্বা

তত্ত্ব অমনি, অহুগা রজ গুণদি ক্রিয়াশীল ওইহনা থবক তৌবনা ঈনশিনবা তত্ত্ব অমনি অহুগা তম গুণ য়াম্না লুম্বা অমসুং কুপ্পুনা থম্বা ভম্বা তত্ত্ব অমনি। মরম অসিনা মখোয় অহুম অসি ব্যবহারদা চংনরিবা রূপ, রসনচিংবা গুণশিং অসি নত্তে। অহুম অসিবু শাস্ত্রদা গুণ কৌবদনি।

মতৌ অসুম্না মহাপ্রলয়গী তুংদা জীবশিংগী কর্ম্মশিংগী মতুং ইন্না ভোগ পীনবা মতম লাক্লবদা পরমাত্মানা অমুক হন্না লৈশেমগে হায়না সংকল্প তৌবমক্তদা প্রকৃতিগী গুণ অহুম অহুদা ঈথক হৌরক্লুনা অমনা অমদগী হেন্দোক হেক্তিন তৌরকই। মতুবু শ্লোক অসিদা প্রকৃতিদগী গুণ অহুম পোক্লকই (ওইরকই) হায়বনি। অশেংবমক্তি মখোয় পোক্লে প্রকৃতিদগী মওং ওন্থরকপনি। অহুগা জীবাত্মাসু অশেংবা মওংদদি পুন্দুনা লৈতে সূপ্না অজ্ঞাননা মরম ওইহনা হকচাংসিদা পুনবগুম তৌহনা লৈ হায়বতনি। অশেংবা মওংদা মহাক পুন্দে, কনা অমত্তগসু শম্মদে অমসুং কর্ত্তা নত্তে হায়বসি ১৩শুবা অধ্যায়গী ৩১শুবা শ্লোকতু হায়খ্রে॥ ৫॥

হৌজিক করম্বা গুণনা করিগা মরী লৈনবদগী জীববু পুল্লী হায়বসিবু তাক্লি—

তত্র সত্ত্বং নির্মলত্বাৎ প্রকাশকমনাময়ম্।
সুখসঙ্গেন বধ্নাতি জ্ঞান সঙ্গেন চানঘ॥ ৬॥

অন্বয় ব্যাখ্যা:— অনঘ—পাপ লৈতবা হে অর্জ্জুন। তত্র=গুণ অহুমগী মনুংদা সত্ত্বং— সত্ত্বগুণ নির্মলত্বাৎ=য়াম্না তরু তরুবা পোৎ অমা ওইবা মরমদগী প্রকাশকং—ভাঙ্হোকহনবা, অমসুং অনাময়ম—নু ঙাইতবা লৈতবা (অরাবা পীদবা) তত্ত্ব অমনি মাবা জীবাত্মাবু সুখসঙ্গেন= নুংঙাইবগা শম্নহন্দুনা চ=অমসুং জ্ঞান সঙ্গেন—অন্তকরণগী ধর্ম্ম ওইবা জ্ঞানগা শম্নহন্দুনা, বধ্নাতি—পুল্লী হায়বদি ঐ নুংঙাইবা মীনি অমং, লৌশিং লৌবা মীনি অসিনচিংবা নাপল তৌহন্দুনা জীবাত্মাবু সত্ত্বগুণনা পুন্দুনা থমই॥ ৬॥

অপূনবা অর্থ — পাপ লৈতবা হে অর্জ্জুন! গুণ অহুমগী মনুংদা সত্ত্বগুণ য়াম্না তরু তরুবা পোৎ অমা ওইবা মরমদগী ভাঙ্হোকহনবা অমসুং অরাবা পীদবা তত্ত্ব অমনি, মানা জীবাত্মাবু নুংঙাইবা শম্নহন্দুনা অমসুং জ্ঞানগা শম্নহন্দুনা সংসারদা পুল্লী॥ ৬॥

রজ গুণনা জীববু করম্না পুল্লী হায়বদু হৌজিক তাক্লি—

রজো রাগাত্মকং বিদ্ধি তৃষ্ণাসঙ্গ সমুদ্ভবম্।
তৎ নিবধ্নাতি কৌন্তেয় কর্ম্মসঙ্গেন দেহিনম্॥ ৭॥

অন্বয় ব্যাখ্যা:—কৌন্তেয়=কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন! রজ=রজ গুণসিবু, রাগাত্মকং —পূক্নীংগু (মচু) শঙনবা অপাম মিহৌ ওইবা মচুগী মশক্তি তৃষ্ণাসঙ্গ সমুদ্ভবম্=ফংত্রিবা অপাম্বা (পোংকী) থৌরাংবা অমসুং ফংলবদা মতু ভাক্লনবা পূক্নীং থিংজিন্দুনা লৈবা অমীসিগী

পোক্লবগী মরম ওইবনি হায়না বিদ্ধি—মঙনা খঙউ মসিনা (রজ গুণসিনা)— ত দেহিনম্= হকচাবু লৌহনা লৈবা জীবাত্মাসিবু, কর্ম্মসঙ্গেন =অক ফত্তগী মহৈ লৈবা কর্ম্মশিং তৌবদা পুক্নীং চঙহন্দুনা নিবধ্নাতি—সংসারদা পুন্দুনা থম্মি ॥ ৭ ॥

**অপুনবা অর্থ:**— কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন! রজ গুণসিবু পুক্নীং (মচু) শঙনবা অপাম মিহৌ ওইবা মচুগী মশক্নি, অদুগা ফ ত্রিবা অপাম্না (পোং) কী খোৱাংবা (ফংনবা হোংনবা) অমস্তুং ফংলবদা মদুদা পুক্নীং থিংজিন্দনা লৈবা অমীসিগী পোক্লবী মরম্নি হায়না মঙনা খঙউ মসিনা হকচাংবু লৌহনা লৈবা জীবাত্মাবু অক ফত্ত মহৈ লৈবা কর্ম্মশিং তৌবদা পুক্নীং চঙহন্দুনা পুল্লী ॥ ৭ ॥

হৌজিক তম গুণগী মশক তাক্লুনা মানা জীববু করম্না পুন্দুনা থম্নগে হায়বদু তাক্লি—

> তমস্ত্বজ্ঞানজং বিদ্ধি মোহনং সর্ব্বদেহিনাম্।
> প্রমাদালস্যনিদ্রাভি স্তন্নিবধ্নাতি ভারত ॥ ৮ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — ভারত = ভরত নিংথৌগী শাগৈদা পোকপা হে অর্জ্জুন! তম তু=তম গুণসিবুদি অজ্ঞানজং = ওন্ন তৈননা (শেরান্ননা) খঙবগী মশক ওইবা অজ্ঞানদগী পোকপনি, অদুগা সর্ব্বদেহিনাম = হকচাং লৌহনা লৈবা থৱায় পানবা পুম্নমকপু মোহনং=শুমহত্তুনা থম্নবগী মশক্নি অস্নুম্না বিদ্ধি = মঙনা খঙউ, তং—তম গুণসিনা প্রমাদালস্যনিদ্রাভি —তৌফম থোকপা থবক তৌবদা লায়থোক্লুনা খোওইদবা অতনবা অমস্তু তুম্নীংবা অদুমসিনা মরম ওইদুনা, নিবধ্নাতি —জীববু সংসারদা পুন্দুনা থম্মি ॥ ৮ ॥

**অপুনবা অর্থ** — ভরতকী শাগৈদা পোকপা হে অর্জ্জুন! তম গুণসিবুদি শেরান্ননা খঙবগী মশক ওইবা অজ্ঞানদগী পোকপনি অদুগা হকচাং লৌহনা লৈবা জীব পুম্নমপু শুমহত্তুনা থম্নবগী মশক্নি হায়না খঙউ। তম গুণসিনা তৌফম থোকপা থবক তৌবদা লায়থোক্লুনা খোওইদবা অতনবা অমস্তুং তুম্নীংবা অদুমসিনা মরম ওইদুনা জীববু সংসারদা পুন্দুনা থম্মি ॥৮॥

করম্না গুণনা অথোইবা ওইনা করম্না থবক তৌহল্লী হায়বদু তাক্লি—

> সত্ত্বং সুখে সঞ্জয়তি রজ কর্ম্মণি ভারত।
> জ্ঞান মাবৃত্যতু তমঃ প্রমাদে সঞ্জয়ত্যুত ॥ ৯ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা:**— ভারত=ভরত শাগৈদা পোকপা হে অর্জ্জুন! সত্ত্ব =সত্ত্ব গুণনা, সুখে (দেহিনং) সঞ্জয়তি = নুংঙাইবদা জীববু চঙশিলহল্লী হায়বদি নুংঙাইবা ফংহল্লী, রজ =রজ গুণনা, কর্ম্মনি (দেহিনং সঞ্জয়তি)=কর্ম্মদা (থবক তৌবদা) জীববু ইনশিল্লী হায়বদি কর্ম্ম

তৌহল্লী, তম তু—তমঃ গুণসিদি জ্ঞান, আবৃত্য—অফ ফত্ত খঙবা জ্ঞানবু কুপ্পুনা থম্মগা, প্রমাদে=তৌগদবা থবকপু তৌদবা থৌওইদবা লৈবদা উত সঞ্জয়তি ( দেহিনাম )= লেপ্পমক জীববু থৌজিল্লী ( ইবশিল্লী ) ॥ ৯ ॥

অপুনবা অর্থ ঃ— ভরত শাগৈদা পোকপা হে অর্জুন! সত্ত্ব গুণনা নু ঙাইবা ফংহল্লী রজ গুণনা জীববু থবক তৌবদা ইবশিল্লী অদুগা তম গুণসিদি অফ ফত্ত খঙবা জ্ঞানবু কুপ্পুনা থম্মগা তৌগদবা থবকপু তৌদবা থৌওইদবা লৈবদা জীববু লেপ্পমক থৌজিল্লী ॥ ৯ ॥

করম্বা মতমদা গুণশি অসিনা মথক্কা হায়বিবা মখোয়গী থবকশিং তৌবগে হায়বদু অসুম্মা তাক্লি—

রজস্তমশ্চাভিভূয় সত্ত্বং ভবতি ভারত।
রজ সত্ত্বং তমশ্চৈব তম সত্ত্বং রজস্তথা ॥ ১০ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — ভারত=ভরত নিংথৌগী শাগৈদা পোকপা হে অর্জুন! রজ তম চ অভিভূয়—রজ অমসুং তম গুণবু নমহৎলগা সত্ত্বং ভবতি—সত্ত্বগুণগী মপাঙ্গল চাউবা ওই ( মতমদুদা মঙাক্লা জীববু নুংঙাইবা ফংহল্লী ) রজঃ—রজ গুণনা সত্ত্ব তম এব চ ( অভিভূয় ) =সত্ত্ব অমসুং তমঃ গুণবু নমহৎলগা ( জীববু থবক তৌবদা চঙহল্লী ) তথা=মতৌ অদুম্মা, তমঃ =তম গুণনা সত্ত্ব রজ ( অভিভূয় )=সত্ত্ব অমসুং রজ গুণবু নমখেল্লগা জীববু মথৌদা থৌ ওইদনা লৈহল্লী ॥ ১০ ॥

অপুনবা অর্থ — ভরত নিংথৌগী শাগৈদা পোকপা হে অর্জুন! রজ অমসুং তম গুণবু নমহৎলগা সত্ত্বগুণ মপাঙ্গল চাউবা ওই মতম অদুদা মঙাক্লা জীববু নু ঙাইবা ফংহল্লী, রজ গুণ অসিনা সত্ত্ব অমসুং তম গুণবু নমথবগা জীববু থবক তৌবদা চঙহল্লী, অদুগা তম গুণনা সত্ত্ব অমসুং রজ গুণবু নমখেল্লগা জীববু ( মথৌ তৌবদা ) থৌওইদনা লৈহল্লী ॥ ১০ ॥

করম করম্বা মতমদা মখোয় অমনা অমদগী হেঙ্গৎনা লৈবগে হায়বসি মথা শ্লোক অহুম্মা তাক্লি, মহুদা অহানবদা সত্ত্বগুণগী হেনগৎপা মতম হায়রি—

সর্ব্বদ্বারেষু দেহেঽস্মিন্ প্রকাশ উপজায়তে।
জ্ঞানং যদা তদা বিদ্যাদ্বিবৃদ্ধং সত্ত্বমিত্যুত ॥ ১১ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — যদা=মতম অদুদা অস্মিনদেহে—জীবাত্মাগী অবা নু ঙাইনচিংবা ফংনবা মফম ওইবা হকচাংসিদা, সর্ব্বদ্বারেষু=রূপ ( মওং মশক ) শব্দ ( খোঞ্জেল ) অসিনচিংবা লৈম নবগী খোং ওইদুনা লৈবা মীৎ নাকোংনচিংবদা, জ্ঞান, প্রকাশ =রূপ, শব্দ নচিংববু খঙনবা জ্ঞানগী মশক ওইবা মঙালবু, উপজায়তে—পোক্লকই ( ফোংদোক্লকই ), তদা—অদুগুম্বা মতম

অদুদা, সত্ত্বং বিবৃদ্ধং=সত্ত্ব গুণসি অতোপ্পা গুণ অনীদগী হেন্নগংনা লৈ, ইতি উত বিদ্যাৎ=অসুম্না শোয়দনা খঙগদবনি ॥ ১১ ।

অপুনবা অর্থ — জীবাত্মাগী অরা মু ডাইনচিংবা ফংবগা মফম ওইবা হকচাংসিদা মওও মশক খোঙেন্নচিংবা লৌনবগী থোও ওইদুনা লৈবা মীৎ, মাকোংনচিংবদা মওও মশক, খোঙেন নচিংবনু খঙনবা জ্ঞানগী মশক ওইবা মঙাল ফোঙদোক্লকপা মতম অদুদা সত্ত্ব গুণসি অতোপ্পা গুণ অনীদগী হেন্নগংনা লৈ হায়না শোয়দনা খঙগদবনি ॥ ১১ ॥

হৌজিক রজ গুণগী হেন্নগংলকপা মতমবু অসুম্না তাক্লি—

লোভং প্রবৃত্তিরারম্ভং কর্ম্মণাশমঃ স্পৃহা ।
রজস্যেতানি জায়ন্তে বিবৃদ্ধে ভরতর্ষভ ॥ ১২ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— ভরতর্ষভ=ভরতকী শাগেদা অখোইবা হে অর্জুন। লোভ=লল থুম যাম্না লৈরবদসু মুকপেন পেন্দনা হেন্না হেন্না ফংনীংদুনা লৈবা প্রবৃত্তি=মতম পুম্নমক্তা থবক্তা চঙশিন্দুনা লৈবা কর্ম্মণাং আরম্ভ=ইহলোক অমসুং পরলোক অনীসিগীদমক মখল মথা অয়াম্বা কর্ম্মশি বু (থবকশিংবু) তোগে হায়দুনা থোরাংদুনা লৈবা অশম=ঙহাক্তসু তুমিন্না লৈতবা (থবক) তৌনীংদুনতা লৈবা স্পৃহা=অতোপ্পগী লল থুম (মু ঙাই য়াইফ) উবগা কল্লকপা, (ইতি) এতানি=মসি পুম্নমকসি রজসি বিবৃদ্ধে=রজ গুণগী হেন্নগংপা মতমদা, জায়ন্তে=পাকই (ওইরকই) ॥ ১২ ॥

অপুনবা অর্থ — ভারতকী শাগেদা অখোইবা হে অর্জুন! য়াম্না ইনাক-কৈরাক খুন্দুনা লরবদসু মুকপেন পেন্দবা হেন্না ফংনীদুনা লৈবা, মতম পুম্নমক্তা থবক্তা চঙশিন্দুনা লৈবা হৌজিক দমসুং তুংগীদমক মখল মথা অয়াম্বা কর্ম্মশিংবু তৌনবা থোরাংদুনা লৈবা, ঙহাক্তা তুমিন্না লতবা (পোথাবা লৈতনা) তৌনীংদুনতা লৈবা, অতোপ্পগী লল থুম মুংঙাই য়াইফ উবগা ফংনীং না কল্লকপা মসি পুম্নমকসি রজ গুণগী হেন্নগংপা মতমদা ওইরকই ॥ ১২ ॥

হৌজিক তম গুণগী হেন্নগংলকপা মতমবু তাক্লি—

অপ্রকাশোঽপ্রবৃত্তিশ্চ প্রমাদো মোহ এব চ ।
তমস্যেতানি জায়ন্তে বিবৃদ্ধে কুরু নন্দন ॥ ১৩ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— কুরুনন্দন=কুরু শাগেবু মুংঙাইহনবা হে অর্জুন। অপ্রকাশ=কন্নিমত্তা উবা ঙমদনা মমদুনা লৈবা, অপ্রবৃত্তি=কন্নিগুম্না থবক অমসীদমক থক চঙশিন্দবা, প্রমাদ=গৈগদবা থবক্তা থোওইদনা লৈথোকপা, চ=অদুগা, মোহ এব=তৌকম খঙদনা শুমহত্তুনা

লৈবা, (ইতি) এতানি— মসি পূম্নমকসি, তমসি বিবৃদ্ধে=তমং গুণগী হেনগংবা লৈবা মতমদা জায়ন্তে=পোকই (ওইরকই) ॥ ১৩ ॥

**অপূনবা অর্থ**ঃ— কুরু শাগৈবু হৃৎডাইহনবা হে অর্জ্জুন! করিমত্তা থঙবা ঙমদনা অমম্বদা লৈবা, করিগুম্বা থবক অমদা চঙশিন্দবা, তৌগদবা, থবক্তা থৌওইদবা লৈরা অদুগা তৌফম থঙদবা শুমহত্তুবা লৈবা মসি পূম্নমকসি তম গুণগী হেনগংবা লৈবা মতমদা ওইরকই (পোক্লকই) ॥১৩॥

অদুগা হৌজিক করম্বা গুণগী হেনগংপা মতমদা শিবা থোক্লবদি করম্বা মফৈ ফংই হায়বদু শ্লোক অনীবা অসুম্না তাক্লি—

যদা সত্ত্বে প্রবৃদ্ধে তু প্রলয়ং যাতি দেহভৃৎ।
তদোত্তমবিদাং লোকানমলান্ প্রতিপদ্যতে ॥ ১৪ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা**।— সত্ত্বে প্রবৃদ্ধে=সত্ত্ব গুণগী হেনগংবা লৈবা যদা তু—মতম অদুদা দেহভৃৎ=হকচাং লৌদুবা লৈবা জীবাত্মানা প্রলয়ং যাতি—হকচাং থাদোক্লুবা চৎলী (হকচা গী শিবা ওই), তদা=মদু ওইরবদি উত্তম বিদা=অফবা তত্ত্বু খীথিবা থঙবা উপাসকশিংবা ফংগদবা অমলান=মকপা লৈত্রবা, লোকান্—ব্রহ্মলোকনচি বা লোকশিংবু প্রতিপদ্যতে= ফংই ॥ ১৪ ॥

**অপূনবা অর্থ**ঃ— সত্ত্ব গুণগী হেনগংবা লৈবা মতমদা হকচাং লৌদুনা লৈবা জীবাত্মানা হকচাং থাদোক্লুবা চৎলি মদু ওইরবদি অফবা তত্ত্বু খীথিবা থঙবা উপাসকশিংনা ফংগদবা মকপা লৈতবা লোকশিংবু ফংই ॥ ১৪ ॥

রজসি প্রলয়ং গত্বা কর্ম্মসঙ্গিষু জায়তে।
তথা প্রলীনস্তমসি মূঢ় যোনিষু জায়তে ॥ ১৫ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — রজসি=রজ গুণগী হেনগংপা মতমদা, প্রলয়ং গত্বা=(জীবাত্মানা) হকচাং থাদোক্লুবা চৎলবদি (শিরবদি) (দেহভৃৎ) কর্ম্মসঙ্গিষু জায়তে=জীবাত্মানা কর্ম্ম তৌবদু য়াম্না পাম্বা মীওইবগী মপোক্তা পোকই তথা—অদুগা তমসি=তম গুণগী হেনগংপা মতমদা, প্রলীন=শিরবা মীদুনা মূঢ় যোনিষু জায়তে=শানচিংবা অতোনবা মপোক্তা পোকই ॥১৫॥

**অপূনবা অর্থ** — রজ গুণগী হেনগংপা মতমদা থবায় থাদোক্লুবা চৎলগা (শিরবদি) জীবাত্মানা কর্ম্ম তৌবা য়াম্না পাম্না লৈবা মীওইবগী মপোক্তা পোকই, অদুগা তম গুণগী হেনগংপা মতমদা শিরবা মীগী জীবাত্মানা শানচিংবা অতোনবা মপোকশিদা পোকই ॥ ১৫ ।

হৌজিক গুণ অহুমগী মহৈশিংদুবু শম্নপা অসুম্না তাক্লি—

কর্ম্মণ সুকৃতস্যাহুঃ সাত্ত্বিকং নির্ম্মলং ফলম্।
রজসস্তু ফলং দুঃখমজ্ঞানং তমসঃ ফলম্ ॥ ১৬ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা :— সুকৃতস্য কর্ম্মণ = সত্ত্ব গুণনা মরম ওইদুনা তৌবা অফবা কর্ম্মগী নির্মল, = রাম্না শেংবা ( অরাবা য়াবদবা ) সাত্ত্বিক, = নু ঙাইবগী মশক ওইবা, ফল,=মহৈ ওই (তত্ত্বদর্শিন ) আহু = অসুম্না তত্ত্ব খঙবশিংনা হায় রজস তু = রজ গুণনা মরম ওইদুনা তৌবা কর্ম্মগী ফল, দু:খ ( আহু ) = মহৈদি অরাবনি হায়, তমস ফল অজ্ঞান, = অদুগা তম গুণনা মরম ওইদুনা তৌবা কর্ম্মগী মহৈ অজ্ঞাননি হায় ॥ ১৬॥

অপুনবা অর্থ :— সত্ত্ব গুণনা মরম ওইদুনা তৌবা অফবা কর্ম্মগী মহৈদি শেংবা নু ঙাইবগী মশক ওই অসুম্না তত্ত্ব খঙবশিংনা হায় রজ গুণনা মরম ওইদুনা তৌবা কর্ম্মগী মহৈদি অরাবনি হায়, অদুগা তম গুণনা মরম ওইদুনা তৌবা কর্ম্মগী মহৈদি অজ্ঞাননি হায় ॥ ১৬॥

গুণশি অসিদগী করি করি থোক্রকপগে হায়রবদু অসুম্না তাক্রি—

সত্ত্বাৎ সঞ্জায়তে জ্ঞানং রজসোলোভ এব চ।
প্রমাদমোহৌ তমসো ভবতোঽজ্ঞান মেব চ ॥ ১৭ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — সত্ত্বাৎ = সত্ত্ব গুণনা হেনগৎনা লৈবা মতমদা মদুদগী জ্ঞান সঞ্জায়তে= মঙালগী মশক ওইবা জ্ঞান মীংথিনা পোকই চ = অদুগা রজস = রজ গুণনা হেনগৎনা লৈবা মতমদা মদুদগী, লোভ এব ( সঞ্জায়তে ) — ফংনী হুনবা লৈবগী মশক ওইবা অপাম্বা অদুদা পোকই তমস = তম গুণনা হেনগৎনা লৈবা মতমদা মদুদগী প্রমাদ মোহৌ ভবত —তৌগদবা থবক্তা থৌওইদবা অমসুং তৌফম খঙদনা শুমহত্নবা লৈবা ওই চ = অদুগা অজ্ঞান, এব ( ভবতি ) — অজ্ঞানসু ওই ॥ ৭ ॥

অপুনবা অর্থ — সত্ত্ব গুণনা হেনগৎনা লৈবা মতম অদুদা মদুদগী জ্ঞান মীংথিনা পোকই অদুগা রজ গুণনা হেনগৎনা লৈবা মতমদা মদুদগী ফংনী হুনবা লৈবগী মশক ওইবা অপাম্বা অদুদা পোকই অমসুং, তম গুণনা হেনগৎনা লৈবা মতমদা মদুদগী তৌগদবা থবক্তা থৌওইদবা অদুগা তৌফম খঙদনা শুমহত্নবা লৈবা ওই অমসুং, অজ্ঞানসু ওই ॥ ১৭ ॥

সত্ত্ব গুণনচিংবা লৈবা মীশিংনা কংগদবা অথোই অহেন মাইবা মহৈশিংবু হৌজিক অসুম্না তাক্রি—

ঊর্দ্ধং গচ্ছন্তি সত্ত্বস্থা মধ্যে তিষ্ঠন্তি রাজসা ।
জঘন্যগুণবৃত্তস্থা অধোগচ্ছন্তি তামসা ॥ ১৮ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা :— সত্ত্বস্থা = সত্ত্বগুণদা লৈদুনা অফবা কর্ম্ম (থবক) তৌবা মীশিংনা, ঊর্দ্ধ, গচ্ছন্তি = মথকলোমদা দেবলোক নচিংবা মফমদা চৎনী রাজসা = রজ গুণদা লৈদুনা মদুগী মতুংইন্না কর্ম্ম তৌবা মীশিংনা, মধ্যে তিষ্ঠন্তি = ময়াম ওইনা লৈবা পৃথিবী লোকসিদা মী ওইনা

পোকই, জঘন্যগুণবৃত্তস্থা তামসা =তম গুণদা লৈহুনা মতুগী মতুংইন্না যাম্না ফত্তবা কর্ম্মশিং তৌহুনা লৈবা মীশিংনা অধ গচ্ছন্তি=মখারোমদা নরক্‌ নচিংবা মফমশিংদা চৎলী ॥ ১৮ ॥

অপূনবা অর্থ — সত্ত্ব গুণদা লৈহুনা মতুগী মতু, ইন্না অফবা কর্ম্ম তৌবা মীশিংনা মথক লোমদা দেবলোকনচিংবা মফমদা চৎলী, রজ গুণদা লৈহনা মতুগী মতু, ইন্না কর্ম্ম তৌবা মীশিংনা ময়ায় ওইনা লৈবা পৃথিবী লোকতা মী ওইনা পোকই অদুগা তম গুণদা লৈহুনা মতুগী মতু, ইন্না যাম্না ফত্তবা কর্ম্মশিং তৌহুনা লৈবা মীশিংনা মখারোমদা নরক নচি বা মফমদা চৎলী ॥১৮॥

অধ্যায অসিগী মনুংদা অহান্বদা গুণগী মশক ওইবা হকচাংনচিংবা ক্ষেত্র অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞ আত্মাগী মরী লৈনংসি ঈশ্বরগী মখাপোন্দুনা ওই অদুগা গুণ কবিরো অমসুং গুণশিং দুনা জীব আত্মাবু সংসারদা করম্না পুন্দুনা থম্মি হায়বসি হায়রে, হৌজিক গুণশিং অদুগী করম্না মোক্ষ (নাম্বোকপা) ফংগদগে হায়বদু তাক্লি—

নান্যং গুণেভ্যঃ কর্ত্তারং যদা দ্রষ্টাহনুপশ্যতি।
গুণেভ্যশ্চ পরং বেত্তি মদ্ভাবং সোহধিগচ্ছতি ॥ ১৯ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — যদা=মতম অদুদা দ্রষ্টা=উরি খঙলিবা জীবাত্মাসিনা গুণেভ্য=হকচাং ইন্দ্রিয়নচি বগী মওঙ ওস্থুনা লৈবা সত্ত্বনচি বা গুণশিংদগী অন্য কর্ত্তারং=অতোপ্পা অতৌবা অমবু ন অনুপশ্যতি=বিচার নীংথিনা তৌরগা তু দা উদে (খঙদে) হায়বদি গুণশিংসিমক থবক পুম্নমকপু তৌবনি (কর্ত্তানি) খঙই চ=অদুগা গুণেভ্য =গুনশিং অসিদগী পরং (আত্মানং) বেত্তি—তোপ্পা আত্মাবু খঙই (তদা) স =অদুগুম্না মতমদা অখঙবা মহাক্না মদ্ভাবং অধিগচ্ছতি =কৃষ্ণ ঐগী অশেংবা মশক ব্রহ্মদা তিন্দুনা মোক্ষ ফ ই ॥ ১৯ ॥

অপুনবা অর্থ — মতম অদুদা উরি খঙলিবা জীবাত্মাসিনা হকচাং ইন্দ্রিয়নচিংবগী মওঙ ওস্থুনা লৈবা সত্ত্ব নচিংবা গুণশিংদগী অতোপ্পা অতৌবা অমা বিচার তৌরবা তুংদা উদে (খঙদে) অদুগা গুণশি সিদগী তোপ্পা লৈবা আত্মাবু খঙই অদুগুম্না মতম অদুদা খঙলিবা মহাক অদুনা কৃষ্ণ ঐগী অশে বা শক ব্রহ্মদা তিন্দুনা মোক্ষ ফংই ॥ ১৯ ॥

অথুপ্পা বা

ঐখোয়না মতম পুম্নমক্তা কবিগুম্না থবক অমা তৌবদা ইশা ইশাবু থবক অদুগী অতৌবা মীনি হায়না খঙনরি। মসি ঐখোয়না নীংথিনা বিচার তৌদবা মরমদগী খঙনরিবনি, নীংথিনা বিচার তৌরবদি ঐখোয় অতৌবা মী নত্তে হায়বসি শোয়দনা খঙবা ঙমগনি। আত্মাগী অশেংবা মশক মফম পুম্নমক্তা শীনথুনা লৈবনি, সুপ্না হকচাংগী মনুংতদা লৈবা নত্তে, হকচাংতদা লৈব গুম খঙলিবসিদি হকচা মনুংদা লৈবা অন্ত করণ (মন) উপাধিনা মরম ওইহুনা তৌবনি হায়বসি

অহাননদা কয়ারক হয়া হায়গে। হকচা, মীৎ, নাকো, অমসু, খোঙ খুৎনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংগা লোয়ননা অন্ত করণনা থবক তৌবদা ঐখোয়না ব্যবহারদা আত্মানা থবক তৌই হায়না খঙনবনি। অশে বমক্তি মহাক (আত্মা) করিমত্ত তৌদে। শীনথুংনা লৈবা পোত্ত ক্রিয়া (লেঙ খোংপা) লৈতে, ক্রিয়া লৈবা পোত্তনা থবক তৌবনি। আত্মাগী অশেংবা মওংবুদি শ্রুতিনা অস্পুম্না তাক্লি— "নিষ্কলং নিষ্ক্রিয়ং শান্তম্" (শ্বে উ ৬। ১)— "আত্মা মচী অমদা লৈবা পোৎ ওইদুনা মচেৎ মকায় তাবা নত্তে শীনথুংনা লৈবা মরম্না ক্রিয়া লৈতে য়াম্না তপ্না লেঙবা তৌদনা লৈবা পোৎনি।" "অশরীরং শরীরেষু (কঠ উ ১।২।২৭)— "হকচাং অসিদা শীনথুংনা লৈরবসু আত্মাগী হকচাং লৈতবনি হায়বদি হকচা গা তিনদুনা অতৌবা মী ওইদে।" "অপ্রাণো হ্যমনাঃ শুভ্র" (মুণ্ড উ ২।১।২)— "মী মচি বা ইন্দ্রিয়শিং লৈতব মন (পুক্নী) লৈতবা অমসুং করিমত্ত শমদবা অশেংবা আত্মানি।" মতৌ অস্পুম্না শ্রীমদ্ভাগবতকী মনুংদসু ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মনাই উদ্ধবকী মফমদসু হায়রি— দেহস্থোহপি ন দেহস্থ" (ভা ১ ।১১।৮) আত্মাসি হকচাংদা লৈরবসু হকচাংদা লৈতবনি।"

ইন্দ্রিয়ৈরিন্দ্রিয়ার্থেষু গুণৈরপি গুণেষু চ।
গৃহ্যমাণেষহং কুর্য্যান্ন বিদ্বান্ যস্ত্ববিক্রিয় ॥
(ভাগ ১১।১১।৯)

"মীৎনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংনা মখোয়গী রূপনচিংবা বিষয়শিং বু অমসুং সত্ত্বনচিংবা গুণশিংনা অমা মুংডাইনচিংবা গুণশিং বু লৌদুনা লৈরবসু আত্মাবু খঙবা মীনা মতুদা ঐনা তৌবনি (লৌবনি) হায়না নাপল তৌদে, মহাক্তি করিমত্ত তৌদনা লেঙদনা লৈ।"

দৈবাধীনে শরীরেঽস্মিন্ গুণভাব্যেন কর্ম্মণা।
বর্ত্তমানোঽবুদ্ধস্তত্র কর্ত্তাঽস্মীতি নিবধ্যতে॥
(ভাগ ১১।১১।১০)

"প্রারব্ধগী (লাইবকী) মতুংইনা গুণশিংনা তৌবা থবকী মতুংইনা হকচাংসিদা লৈরিবা, অজ্ঞানী ওইবা (আত্মাবু খঙদবা) মীনা গুণশিংনা তৌবা থবকশিং অহুদা মশাবু অতৌবা মীনি (কর্ত্তানি) খঙবা মরমদগী সংসারদা পুন্সুনা লৈ॥"

মরম অসিনা মকম অসিদসু (গীতাসিদসু) শ্রীভগবাননা গুণশিংমক থবক তৌবনি অহুগা মশাবুনা তৌরিবা মী নত্তে খঙবা মী ইবুংঙো মওোন্দা তিন্দুনা মোক্ষ ফংই হায়বসি তাকপনি ॥১৯॥

মতৌ করম্না ভগবান্দা তিনবগী মশক ওইবা মোক্ষ ফংই হায়বদু হৌজিক অস্পুম্না তাক্লি—

গুণানেতানতীত্য ত্রীন্ দেহী দেহসমুদ্ভবান।
জন্মমৃত্যুজরা'দু খৈর্বিমুক্তোঽমৃতমশ্নুতে ॥ ২০ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** :— দেহসমুদ্ভবান=হকচাংসিবু পোক্লবগী মরম ওইবা এতান ত্রীন গুণান= সত্ত্ব, রজ অমসুং তম গুণ অহুমসিবু অতীত্য=লাম্থোক্লগা দেহী=হকচ বু লৌ'না লৈবা জীবাত্মাসিনা, জন্মমৃত্যুজরা দু খৈ—গুণ অহুম অসিনা তৌবা (ওইহনবা) পোকপা শিবা অহল ওইবা অমসু ৱাবা ফংবা অসিদগী, বিমুক্ত (সন)=নাম্থোক্লুনা অমৃত অশ্নুতে=অমৃতবু চায হায়র্বদি হি ন হিংনমক শিবা নাইদবা মোক্ষবু ফংহুনা লৈ ॥২ ॥

**অপূনবা অর্থ** — হকচা সিবু পোক্লবগী মরম ওইবা সত্ত্ব রজ অমসু তম গুণ অহুমসিবু লাম্থোক্লগা হকচাংবু লৌহুনা লৈবা জীবাত্মাসিনা পোকপা শিবা অহল ওইবা অমসুং ৱাবা ফ বা অসিদগী নাম্থোক্লুনা হিংন হিংনমক শিবা নাইদবা মোক্ষবু ফংহুনা লৈ ॥২ ॥

আত্মাবু অশেংবা মশক্ত খঙলবা মীনা গুণ অহুমবু লাম্থোক্লুনা মোক্ষ ফ ই হায়বসি তাবগা অর্জুন্না গুণ অহুমবু লাম্থোক্লবা মীগী মওঙ মতৌ ওইবা খূদম করম তৌই মহাক্কী লমচৎ করিনো অমসু গুণশিংবু লাম্থোক্লবা উপায করিনো হায়বসি খঙনীংহুনা ভগবান্দ অম্থুম্না হ ই—

অর্জ্জুন উবাচ

কৈর্লিঙ্গৈস্ত্রীন্ গুণানেতানতীতো ভবতি প্রভো।
কিমাচার কথং চৈতাংস্ত্রীন্ গুণানতিবর্ত্ততে ॥ ২১ =

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — অর্জ্জুন উবাচ—অর্জ্জুন্না হংজখি— প্রভো=পুম্নমক্কী মপু ওইবা হে ইবুংঙো। কৈ লিঙ্গৈ =করম করম্বা খূদমশিংনা তিল্লগা এতান ত্রীন্ গুণান—সত্ত্বনচিংবা গুণ অহুমসিবু অতীত ভবতি=লাম্থোক্লপা ওই হায়বসি খঙগনি, কিমাচার—মহাক করম্বা লমচৎ চৎপা মী ওইবগে চ=অদুগা এতান ত্রীন্গুণান=গুণ অহুম অসিবু, কথং অতিবর্ত্ততে=মহাক্না করম্বা উপায় তৌরগা লাম্থোকই ॥ ২১ ॥

**অপূনবা অর্থ** — অর্জ্জুন্না হংজখি— পুম্নমক্কী মপু ওইবা হে ইবুংঙো! করম করম্বা খূদম শিংনা তিল্লগা (মীহুনা) গুণ অহুম অসিবু লাম্থোক্লে হায়বসি খঙগনি? গুণ অহুম অসিবু লাম্থোক্লবা মীহুনা করম্বা লমচৎ চৎলী? অদুগা গুণ অহুমসিবু মহাক্না করি উপায় তৌহুনা লাম্থোকই ॥ ২১ ॥

অর্জ্জুন্না হংলিবা ৱাহং অহুমসিগী পাউখুম হৌজিক ভগবান্না শ্লোক মঙানা শীরি, মহুগী মনুংদা গুণশিংবু লাম্থোক্লবা মীগী খূদমশিং করিনো হায়বহ অহানবা শ্লোকসিনা তাক্লি—

শ্রীভগবানুবাচ

প্রকাশং চ প্রবৃত্তিং চ মোহমেব চ পাণ্ডব।
ন দেষ্টি সম্প্রবৃত্তানি ন নিবৃত্তানি কাংক্ষতি॥ ২২ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — শ্রীভগবান উবাচ=শ্রীভগবাননা হায়খিবি—পাণ্ডব=পাণ্ডুগী মচা হে অর্জ্জুন। প্রকাশং চ=সত্ত্ব গুণগী থবক জ্ঞানগী মশক ওইবা মঙালনচিংবা প্রবৃত্তিং চ=রজ গুণগী থবক ওইবা করিগুম্বা তৌগদবা অমদা চঙশিনবা অপাম্বা পোকপা অসিনচিংবা মোহম এব চ= অতুগা তম গুণগী থবক ওইবা শুমহৎপা অতনবনচিংবা সম্প্রবৃত্তানি—মখোযশিং অসি করিগুম্বা মরম অমদগী লাকপা থোক্লবস্তু ন দ্বেষ্টি=অবাবা পীবশিংনি খন্দুনা যে থিবা তৌদে অতুগা— নিবৃত্তানি=করিগুম্বা মরম অমদগী মখোয চখোকখিবা থোক্লবস্তু ন কাংক্ষতি=নু ঙাইবা পীবনি খন্দুনা ফংনীবা তৌদে, (স গুণাতীত)—অতুগুম্বা মহাক অতু গুণশিংদগী লান্থোক্লবা মীনি। (মফম অসিদা শ্রীভগবাননা হায়রিবা খুদমশিং অসি মী মশামক্না খঙগদবা খুদমশিংনি, অতোপ্পা মীনা খঙবা য়াবা খুদমশিং নত্তে) ॥ ২২ ॥

**অপুনবা অর্থ** — শ্রীভগবাননা হায়খিবি—পাণ্ডুগী মচা হে অর্জ্জুন! সত্ত্ব গুণগী থবক জ্ঞানগী মশক ওইবা মঙালনচিংবা রজ গুণগী থবক ওইবা করিগুম্বা তৌগদবা থবক অমদা চঙশিনবা অপাম্বা পোকপা অসিনচিংবা অমস্তু তম গুণগী থবক ওইবা শুমহৎপা অতনবনচিংবা মখোয়শিংসি করিগুম্বা মরম অমদগী লাকপা থোক্লবস্তু অবাবা পীবশিংনি খন্দুনা য়েংথিবা তৌদে অতুগা করিগুম্বা মরম অমদগী মখোয় চখোকখিবা থোক্লবস্তু নু ঙাইবা পীবনি খন্দুনা ফংনীংবা তৌদে অতুগুম্বা মহাক অতু গুণশিংদগী লান্থোক্লবা মীনি ॥ ২২ ॥

গুণশিংবু লান্থোক্লুবা নৈবা মীনা করম্বা লমচৎ চত্তনা নৈ হায়না হংখিবা ৱাহংগী পাউখুম, হৌজিক শ্লোক অহুমদা ভগবাননা তাক্লি—

উদাসীনবদাসীনো গুণৈর্যো ন বিচাল্যতে।
গুণা বর্ত্তন্ত ইত্যেব যোঽবতিষ্ঠতি নেঙ্গতে॥ ২৩॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — উদাসীনবং=খংন চৈনবা থোক্লবদা কনা অমগীস্তু মীচঙ চঙলুবা তৌদবা মীগুম্না, আসীন—তুমীন্না নৈবা য=অতুগুম্বা আত্মাজ্ঞানী ওইবা মীহু গুণৈঃ=সত্ত্ব নচিবা গুণশিংদগী মওঙ ওন্থহনকুবা নৈবা অমা মু ঙাইনচিংবনা ন বিচাল্যতে—লেঙহন্বা য়াদে অতুগা গুণা বর্ত্তন্তে—ইকচাং, ইন্দ্রিয় অমস্তুং রূপনচিংবা বিষয়গী মওঙদা ওন্থহুনা নৈবা গুণশিং না মখোয় মখোয়গী মথৌ তৌহনা নৈবনি, ইতি এব=মতৌ অম্থুমমক লেপ্তুনা, য=মী অহু,

অবতিষ্ঠতি=মশাগী মওংদা লেপ্পদনা লৈ, ন ইঙ্গতে=মহাক করিমত্ত তৌদে (মশাগী ফীবম করিমত্ত হোংদে) ॥ ২৩ ॥

অপুনবা অর্থ ঃ— খংনে চৈনবদা কনা অমত্তগী মীচঙ চওনুবা তৌদবা তুমীন্না লৈবা অহুগুম্বা আত্মজ্ঞানী ওইবা মীহু সত্ত্বনচিংবা গুণশিংদগী মওং ওন্থরক্লুনা লৈবা অৱা নুংঙাইনচিংবনা করিমত্ত লেপ্তহনবা য়াদে অহুগা হকচাং ইন্দ্রিয়, রূপ নচিংবা বিষয়গী মওংদা ওন্থহুনা লৈবা সত্ত্বনচিংবা বিষয়গী মওংদা ওন্থহুনা লৈবা সত্ত্বনচিংবা গুণশিংনা মখোয় মখোয়গী মথৌ তৌহুনা লৈবনি, ঐদি করিমত্ত তৌদে অস্মমক লেপ্তুনা মশাগী মওংদা লেপ্তুনা মীংনা লৈ অহুগুম্বা মী অহু মশাগী ফীবম করিমত্ত কায়দে (হোংদে) ॥ ২৩ ॥

সমদুঃখসুখ স্বস্থ সমলোষ্টাশ্মকাঞ্চন ।
তুল্যপ্রিয়াঽপ্রিয়োধীরস্তুল্যনিন্দাত্মসংস্তুতি ॥ ২৪ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — (য) স্বস্থ =অনীশুবা লৈতবা আত্মাবু খঙহুনা মশাগী মওংদা লেপ্পদনা লৈরবা মীহু, সমদুঃখসুখ – অৱা নুংঙাই অনীমক্তা চপ মান্নবা লৈ হায়বদি অৱাবা লাক্লবদা য়েংথিবা তৌদে, নুংঙাইবা লাক্লবদা হরাওদে, সমলোষ্টাশ্মকাঞ্চন – মাগী মীংয়েংদা লৈতুম নুংদুম অমস্তুং সনা চপ মান্নবা উই হায়বদি লৌনীংবা অমস্তু থাদোক্লীংবা পোত্ত অপাম পামদ খায়দে, মরম অসিদগী— তুল্য প্রিয়াঽপ্রিয় –অপাম পামদ পোৎ অনীমক চপ মান্নে, ধীর=য়াম্না লৌশিংতানা খাওবা কনবনি মরম অসিদগী— তুল্যনিন্দাত্মসংস্তুতি =মশাবু নিন্দা তৌবদা অমস্তু থাগৎপদা চপ মান্না উই ॥ ২৪ ॥

অপুনবা অর্থ — অনীশুবা লৈতবা আত্মাবু খঙহুনা মশাগী মওংদা লেপ্পদনা লৈরবা মীহু অৱা-নুংঙাই অনীমক্তা চপ মান্নবা লৈ (অৱাবদা য়েংথিদে নুংঙাইবদা হরাওদে), অহুগা মাগী মীংয়েংদা লৈতুম, নুংদুম অমস্তুং সনা চপ মান্নে হায়বদি থাদোকদবা অমস্তুং লৌশিনগদবা পোত্ত অপাম পামদ তৌদে মরম অসিদগী অপাম পামদ পোৎ অনীমক চপ মান্নে, মহাক য়াম্না লৌশিং তানা খাঙবা কনবনি মরম অসিদগী মহাক মশাবু থীনা হায়বদা অমস্তুং থাগৎপদা চপ মান্নবা উই ॥ ২৪ ॥

মানাঽপমানয়োস্তুল্য স্তুল্যো মিত্রাঽরিপক্ষয়োঃ।
সর্ব্বারম্ভপরিত্যাগী গুণাতীতঃ স উচ্যতে ॥ ২৫ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— মানাঽপমানয়ো =মাবু তরাম তরাম্না তৌবদা নরূপা উশীং থোওইদনা তৌবদা, তুল্য =চপ মান্নবা লৈবা হায়বদি তরাম তরাম তৌবদা হরাওবা লৈতবা অহুগা উশীং থোওইদনা তৌবদা নুংঙাইতবা লৈতবা, মিত্রারিপক্ষয়ো =মরূপ অমস্তুং য়েক্লবগী নাকল অনীমক্ত

ভুল্য =চপ মান্নবা হায়বদি মন্নপকী মফমদা মু শিনবা লৈবগুম য়েক্লবগী মফমদস্থু মু৲শিবা (য়ে খিদবা) সর্ব্বারম্ভ পরিত্যাগী—থবক পূম্নমক পুমথা থাদোক্লুবা লৈবা স —মতৌ অস্থুম্না লমচৎ চৎপা মহাক গুণাতীত উচ্যতে=সত্ত্বরচি৲বা গুণশি৲দগী লাম্থোক্লবা মীনি হায়বৈ ॥২৫॥

অপূনবা অর্থ °— মাবু তরাম তরাম্না তৌবদা হরাওবা তৌদবা অমস্থু৲ উশীৎ থোওইদবা তৌরকপদা মু৲ঙাইতবা তৌদবা চপ মান্নবা ফীবমদা লৈবা মন্নপ অমস্থু৲ য়েক্লবগী নাকল অমী মক্তা চপ মান্নবা (মন্নপকী মফমদা য়ে খিনদবগুম য়েক্লবগী মফমদস্থু য়ে৲খিবা তৌদবা) অদুগা থবক পূম্নমক পুমথা থাদোক্লুবা লৈবা অসিগুম্বা লমচৎশি৲ চত্তু৲বা লৈবা মহাক সত্ত্বরচি বা গুনশি৲দগী লাম্থোক্লবা মীনি হ য়বৈ ॥ ২৫ ॥

গুণশি৲বু করি উপায় তৌরগা লাম্থোকপা ঙমগনি হায়বা হ৲খিবা অহুমশুবা বাহ৲গী পাউ খুমবু হৌজিক ভগবান্না অস্থুম্না পীরি—

মাং চ যোঽব্যভিচারেণ ভক্তিযোগেণ সেবতে।
স গুণান্ সমতীত্যৈতান্ ব্রহ্মভূয়ায় কল্পতে ॥ ২৬ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — য =সাধক ওইবা মী অদুনা অব্যভিচারেণ—তোংখায়দুনা অমীলোঙদবা (য়ানশিন্নদবা) হায়বদি তশে৲তশে৲লবা ভক্তিযোগেন=ভক্তি তৌবগী মশক ওইবা যোগনা মরম ওইদুনা, মাং চ= সাক্ষাৎ পরব্রহ্ম কৃষ্ণ ঐমক্তবু সেবতে=মী৲দুনা লৈ স =অদুগুম্বা সাধক ওইবা মহাক এতান গুণান—সত্ত্বরচি৲বা গুণ অহুম অসিবু সমতীত্য=মী থিনা লাম্থোক্লগা, ব্রহ্মভূয়ায় কল্পতে—পরব্রহ্মদা অমত্ত ওইনা তিনবগী মশক ওইবা মোক্ষ ফ৲বদা মতীক ওই (চায়) ৷ ২৬॥

অপূনবা অর্থ °— সাধক ওইবা মী অদুনা তোংখায়দুনা অমী লোঙদবা (য়ানশিন্নদবা) ভক্তিযোগনা মরম ওইদুনা পরব্রহ্ম কৃষ্ণ ঐমক্তবু মী৲দুনা লৈ, অদুগুম্বা মী মহাক সত্ত্বরচিংবা গুণ অহুম অসিবু মী থিনা লাম্থোক্লগা ব্রহ্মদা তিন্দুনা অমত্ত ওইখিবগী মশক ওইবা মোক্ষ ফংবদা মতীক ওই (চায়) ॥ ২৬ ॥

অথূপ্পা বা

অধ্যায়সিগী অহানবমক্তদা শ্রীভগবান্না মোক্ষ ফ৲নবগী খ্বায়দগী অথোইবা জ্ঞানবু তাকনি হায়রগা মদুগী মতু৲ইন্না জ্ঞানগী উপদেশ পী। হৌজিক অধ্যায়সিগী লোইরকপদা গুণ অহুমবু ল্যাম্থোক্লুবা মোক্ষ ফংনবা উপায় ভক্তি যোগবু তাক্লি। মরম অসিনা ভক্তি লৈতনা জ্ঞান ফ৲বা য়াদে হায়বসি মসিদগী ভগবান্না তাকই। মরম অদুনা জ্ঞান ফ৲গে মী৲বা মীশিংনা মহৈ পাম্বা লৈতনা ইবুংঙো মাগী ভক্তি তৌজদুনা লৈগদবনি। শ্রীভগবানবু ফ৲নবা অস্থুম্না তৌরিবা ভক্তিদু নিগু'ণ ভক্তিনি। মরম অসিনা শ্রীমদ্ভাগবতকী মনু৲দা কপিল ভগবান্না মমা দেবহূতিগী মফমদা অস্থুম্না হায়রি—

মদ্‌গুণশ্রুতিমাত্রেণ ময়ি সর্ব্বগুহাশয়ে।
মনোগতিরবিচ্ছিন্না যথা গঙ্গাম্ভসোঽম্বুধৌ॥
লক্ষণং ভক্তিযোগস্য নির্গুণস্যহ্যুদাহৃতম্।
অহৈতুক্যব্যবহিতা যা ভক্তিঃ পুরুষোত্তমে॥
(ভাগ ৩।২৯।১১-১২)

"গঙ্গাগী ঈচেল ত্‌পা লৈতনা সমুদ্র তম্না চত্তুনা লৈবগী মতৌম্না ভগবান্‌ ঐগী গুণবু তাবমক্তনা মরম ওইতনা থরায় পাবরা পুম্নমক্কী হৃদয়দা অন্তর্যামী ওইরিবা লৈবা ঐথোক্পা পুরুক্কী ঈচেল অতংপা লৈতনা চেৎশিনহুনা লৈ, অচুগা খায়দগী অথোইবা ভগবান ঐথোক্পা মহৈ পামদবা অমসু, অতোপ্পা তৌংবা থায়রবা ('য়াশিনবা') লৈতবা তৌরিবা ভক্তিসি নির্গুণ ভক্তিযোগগী মশক্কি হায়রৈ।"

অসিগুম্বা ভক্তিসিনা গুণ অহুমগী লাম্বোকপা ওইরুনা ভগবান্দা তিনবগী মশক ওইবা মোক্ষ ফংই হায়বসিবু অসুম্না তাক্লি—

এষ ভক্তিযোগাখ্য আত্যন্তিক উদাহৃত।
যেনাতিব্রজ্য ত্রিগুণং মদ্ভাবায়োপপদ্যতে॥
(ভাগ ৩।২৯।১৪)

আসগুম্বা অনা লৌদবা ভক্তিযোগ অসিমক সাধ্যগী মশক ওইবা খুদ্দগী অথোইবা হায়না হায়রে। মসিনা মরম ওইরুনা সত্ত্বাদি গুণ অহুমবু লাম্বোক্লগা ভগবান ঐগী মশক ওইবা মোক্ষবু মীনা ফংবা ঙমই।"

মরম অসিনা শ্রীভগবানবু ফংনবা মসিং পামদনা ভক্তিযোগবু লোয়নবা তৌরুনা লৈদবনি মতুংদা মোক্ষগী মরম ওইবা জীবনবুক্কি গনি॥ ২৬॥

হৌবু থোকনাকী (শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তি তৌরগা ব্রহ্মগী মশক ওইবা মোক্ষ করম্না ফংগনি হায়না) চিংনরবদা শ্রীভগবান মশামক সাক্ষাৎ ব্রহ্মমক্কি তাক্লুনা অসুম্না পাউখুম পীরি—

ব্রহ্মণো হি প্রতিষ্ঠাহমমৃতস্যাব্যয়স্য চ।
শাশ্বতস্য চ ধর্মস্য সুখস্যৈকান্তিকস্য চ॥ ২৭॥

ইতি শ্রীমদ্ভগবদ্গীতাসূপনিষৎসু ব্রহ্মবিদ্যায়াং যোগশাস্ত্রে শ্রীকৃষ্ণার্জুন সংবাদে গুণত্রয়বিভাগযোগোনাম চতুর্দশোঽধ্যায়ঃ॥ ১৪॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — হি = মসিগী মরমদি (অনা লৌদবা ভক্তিনা মরম ওইরো কৃষ্ণ ঐবু মাংজবা ভক্তনা ব্রহ্মগী মশক ওইবা মোক্ষ ফংই হায়বসিগী মরমদি), অমৃতস্য = অমৃতগী অমা ওইবা (শিবা নাইদবা), অব্যয়স্য চ = মহেৎ তাবা লৈতবা, শাশ্বতস্য চ = মতম পুম্নমক্তা লৈবা,

ধর্মস্য = জ্ঞানযোগ ওইবা ধর্মগী কংপদবা, চ = অমসুং, ঐকান্তিকস্য সুখস্য = অরাবা য়াম্বশিন্দবা সুখ চাইবগী মশক ওইবা ব্রহ্মণ = মায়া শক্তিগী উপাধি ওইবা লৌহুরা লৈরা সগুণ ব্রহ্মগী (ঈশ্বরগী), অহংহি = কৃষ্ণ ঐসি, প্রতিষ্ঠা = উপাধি লৈতবা অশেংবা মশক পরব্রহ্মনি ॥ ২৭ ॥

অপুনবা অর্থ — কৃষ্ণ ঐহাক্না ঈশ্বরদগী ব্রহ্মগী মশক ওইরা মোক্ষ ফংই হায়বসিগী মরমদি — অমৃতগী মশক ওইবা মরোং তাবা লৈতবা মতম পুম্নমক্তা লৈরা জ্ঞানযোগ ওইবা ধর্মগা ফংগদবা অমসুং অরাবা য়াম্বশিন্দবা সুখ চাইবগী মশক ওইবা মায়াগী উপাধি ওইনা লৌহুবা লৈবা সগুণ ব্রহ্মগী (ঈশ্বরগী) উপাধি লৈতবা অশেংবা পরব্রহ্মতু কৃষ্ণ ঐনি ॥ ২৭ ॥

অথুপা রা

মফম অসিদা শ্রীভগবান শ্রীকৃষ্ণ মশামকপু মায়া উপাধি লৈতবা অশেংবা ব্রহ্মনি অমসুং মায়া উপাধি লৈবা মশামকপু ওইবা পুম্নমক ওইনা অমসুং শীরুপ্পা লৈরা সগুণ ব্রহ্মগী (ঈশ্বরগী) অশেংবা মশক পরব্রহ্মনি হায়বা তাক্লি। অসিগুম্বা মাদু ফংলবতদা জ্ঞানী ওইবা ভক্তনা ব্রহ্মদা তিরবগী মশক ওইবা মোক্ষ ফংই হায়বসি ইবুংঙো মশামক্তা তাকপনি। মরম অসিনা মায় মরি পানবা ব্রহ্মামক্তা ইবুংঙো মাগী স্তুতিদা অস্মুম্না হায়রি—

একস্ত্বমাত্মা পুরুষং পুরাণঃ
সত্যঃ স্বযংজ্যোতিরনন্ত আদ্য।
নিত্যোঽক্ষরোঽজস্রসুখো নিরঞ্জনঃ
পুর্ণোঽদ্বয়ো মুক্তউপাধিতোঽমৃত।

(ভাগ ১০।১৪।২৩)

"ইবুংঙো নহাক্কি জীব পুম্নমক্কী অমত্ত ওইবা আত্মানি, পুম্নমক্কী থম্মোয়দা লৈবনি মতম পুম্নমক্তা রোনা লৈবনি, সত্যনি (অশেংবনি) বশা রতোমদা ঙান্দুনা লৈবনি ঙমখৈ লৈতবনি, পুম্নমক্কী অহানবা মরম্নি (কারণনি) নিত্যনি (মাংবা লৈতবনি) মরোং তাবা (পীকশিল্লকপা) লৈতবনি, অরাবা য়ামদবা সুংঙাইবদা ওইবা মশক্কি পাপ নচিংবা অমোংপা লৈতবনি, থম্না লৈবনি অনীশুবা পোং লৈতবনি, মায়াগী মশক ওইবা উপাধিদগী লাম্হোক্লবনি অমসুং অমৃতনি।"

মসিদ নত্তনা শুকদেবনস্য পরীক্ষিৎকী মফমদা অস্মুম্না হায়রি—

কৃষ্ণমেনমবেহি ত্বমাত্মানমখিলাত্মনাম্।
জগদ্ধিতায সোঽপ্যত্র দেহীবাভাতি মায়যা॥
সর্ব্বেষামপি বস্তুনাং ভাবার্থো ভবতি স্থিত।
তস্যাপি ভগবান্ কৃষ্ণ কিমতদ বস্তু রূপ্যতাম্॥

(ভাগ ১০।১৪।৫৫-৫৭)

"হে পরীক্ষিৎ। মহাত্মা কৃষ্ণ অসিবু থবায় পাববা পূম্নমক্কী অমত্ত ওইবা আম্মাদি হায়মা খঙউ। মহাক অহুম্ম তাইবঙ অসিদা জগৎকী কান্নবগীদমক মায়াবা মরম ওইহনা হকচাং লৌবগুম তৌহনা উই। তাইবঙপানসিদা লৈবা পোৎ পূম্নমক্কী অশেংবা মশক্তি মায়া উপাধি লৈবা সগুণ ব্রহ্মদা (ঈশ্বরদা) চঙহনা লৈ, অহগুম্বা সগুণ ব্রহ্মগীম্ম ভগবান শ্রীকৃষ্ণ অশেংবা মশক (অশেংবা) পরব্রহ্মনি। মরম অসিনা মহাক নত্তবা কয়দা পোৎ লৈ হায়বা তাকপা য়াগনি? হায়বদি কৃষ্ণ নত্তবা অতোপ্পা পোৎ অমত্ত লৈতে। ২৭॥"

মতৌ অসুম্না শ্রীভগবান্না শকপা উপনিষৎশিংদা ব্রহ্মবিদ্যাগী মশক ওইবা
যোগশাস্ত্রগী মনুংদা অর্জুন অমসু, শ্রীকৃষ্ণগী বাহং পাউখুম ওইনা
তাঙনবদা "গুণত্রয়বিভাগযোগ" কৌবা তরামমরিগুবা অধ্যায়গী
স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিনা ইবা অথুপ্পা বাগা
লোয়নবা অমর ব্যাখ্যা লোইরে। ১৪।

॥ হরি ওঁ তৎসৎ ॥

— ওঁ —



# শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতা

(অথ পঞ্চদশোঽধ্যায়ঃ)

তরামঙাশুবা অধ্যায়

ওঁ পুরুষোত্তমায় নমঃ ॥

অধ্যায় অসিগী মমিং "পুরুষোত্তমযোগ" নি। অধ্যায় অসিদা ক্ষর (মাঙখিগদবা) অমসুং অক্ষর (মাঙলোইদবা) পোৎ অনীসিগী খেন্নবা, পুরুষোত্তম কৌবা ভগবান মাগী মরমদা খঙনবা হোৎনবা অমসুং মহাক্কী মহৈনচিংবসি তাক্লি। মহাক্কা হৌখিবা অধ্যায়দা সত্ত্বচিংবা গুণ অহুমগী মরমদা হায়রগা মখোয়দগী লাপ্থোকপা ঙম্বা ভক্ত ওইবা মীনা ব্রহ্মদা তিনবগী মশক ওইবা মোক্ষ ফংবা ঙম্মি হায়বসি নৈনখ্রে, অদুগা অরোইবদা ভগবানগী অশেংবা মশকপুম্ব হায়খ্রে। হৌজিক ইবুংঙো মাগী অশেংবা মশক করিনো হায়বদু খঙনবগীদমক তাইবঙপান অসি ইবুংঙো মঙোন্দগী পোক্লকপা ওাক্লি, অশেংবদা মঙোন্দগী অতোপ্পা অমা নত্তে হায়বা তাক্লে হায়বগীদমক সংসার (তাইবঙপান) অসিবু খোংনাং পাম্বীগী মতৌগুম্না হায়বা হৌই।

শ্রীভগবানুবাচ।

ঊর্দ্ধ মূলমধঃশাখমশ্বত্থং প্রাহুরব্যয়ম্।

ছন্দাংসি যস্যপর্ণানি যস্তংবেদ স বেদবিৎ। ১।

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— শ্রীভগবান উবাচ=শ্রীভগবান্না হায়বিখি— ঊর্দ্ধমূলং=সংসারগী মশক ওইবা খোংনাং পাম্বী অসিগী মরু মথকলোমদা লৈ (মায়াবু উপাধি ওইনা লৌদুনা লৈবা সগুণ ব্রহ্মগী মশক ওইবা ঈশ্বর মসিগী মরুনি) অধ শাখম্=মখারোমদা মসিগী মশা মরেং লৈ (ব্রহ্মাদগী হৌদুনা তীল কাঙ ফাওবা অচৎচত্ত তাইবঙ পূম্নমকসি মসিগী মশা-মরেংনি), অব্যয়ম্=ঙমখৈ লৈতবা মরমদগী অমগী মথংদা অমা লাক্লুনা মরেং তাশ্ না লৈতনা লৈ, মসিবু—

অশ্বত্থ, প্রাহু = হয়ে, ফাওবা লৈগনি হায়বসিদা অয়েপ্পা লৈতবদগী অশ্বত্থ অস্মুম্না হায়বৈ (অমরোমদা হায়রগা অশ্বত্থগী অর্থ খোনা, পাম্বীনি) যস্ত=অসিগুম্বা সংসারগী মশক ওইবা খোংনা, পাম্বীসিগী পর্ণানি ছন্দাংসি—ঋগ মচিংবা বেদশিং মনাশিংনি (উনাশিংনা উবু হিংহন্দুনা লৈবগুম্না বেদশিংনা তাকপা কর্ম্মশিংগী মহৈনা মরম ওইহুনা সংসারগী মশক ওইবা উসি হিংহুনা লৈম্বিবনি), য =সাধক ওইবা মী অহুনা ত বেদ—পরমাত্মাদগী পোক্লকপা অসিগুম্বা সংসারগী মশক ওইবা উ পাম্বীসিবু খঙই (মরু ওইবা লৈবা পরমাত্মাদগী অতোপ্পা অমা নত্তে হায়না খঙই), স =অস্মুম্না খঙবা মী অহু, বেদবিৎ=বেদগী অর্থস্থ নীংথিনা খঙবা মীনি ॥ ১ ॥

অপুনবা অর্থ ঃ— সংসারগী মশক ওইবা খোংনা, পাম্বীসিগী মথক্লোমদা পরমাত্মা ওইবা মরু লৈ, মখারোমদা ব্রহ্মাদগী হৌহুনা তীলকাঙ ফাওবা অচৎ চত্ত তাইবঙ পুম্বসি মশা মরে, ওইনা লৈ ৬মখৈ লৈতবা মরমদগী অমগী মথংদা অমা লাক্কুনা ময়ে, তাবা লৈতনা লৈ মসিবু হয়ে, ফাওবা লৈগনি হায়বসিদা অয়েপ্পা লৈতবা মরমদগী অশ্বত্থ অস্মুম্না হায়বৈ (অমরোমদা হায়রগা অশ্বত্থ হায়বদি খোংনা, পাম্বীনি) অসিগুম্বা সংসারগী মশক ওইবা খোংনা, পাম্বীসিগী মনা শিংদি বেদশিং অসিনি মীহুনা পরমাত্মাদগী পোক্লকপা অসিগুম্বা সংসারগী মশক ওইবা উপাম্বী অসিবু মরু ওইবা পরমাত্মাদগী অতোপ্পা নত্তে খঙই অস্মুম্না খঙবা মী অহু বেদগী অর্থবু নীংথিনা খঙবা মীনি ॥ ১ ।

## অথূপ্পা বা

ঐখোয়না হৌজিক উম্বিবা অমস্মু, খঙলিবা তাইবঙপানসি শেমত্রিঙৈগী মমাঙদা সুপ্ন মায়া উপাধিগা লোয়নবা সগুণ ব্রহ্ম (ঈশ্বর) মরু ওইনা লৈরমই মহুদগী হেন্দোকপা অতোপ্পা পোৎ অমত্ত লৈরমদে। অহুগা ঈশ্বরগী উপাধি ওইবা মায়া অহুদা জীব পুম্নমক্কী পাপ পুণ্যশিংগী সংস্কার থুগু্না লৈরমই মহাপ্রলয়গী মতু দা জীবশিংবু অমুক হন্না মখোয়না তৌখিবা পাপ পুণ্যশিংগী মহৈ পীনবা মতম লাক্লবদা পরমাত্মানা মডোন্দা চঙহুনা লৈম্বিবা জীবশিংবু যোঙদোকহল্লগা মহৈ পীগে হায়বগীদমক অমুক হন্না লৈশেমই। মরম অসিনা শ্রুতিনা মসিবু তাক্লি— "সদেব সোম্যেদমগ্র আসীদেকমেবাঽদ্বিতীয়ম্" (ছা উ ৬।২।১)— "লৈশেমত্রিঙৈগী মমাঙদা তাইবঙপানসি সৎ ওইনা (মায়া উপাধিগা লোয়ননা লৈবা সগুণ ব্রহ্ম ওইনা) অনীগুবা লৈতনা অমথক্ত ওইনা লৈরমই।" "তদৈক্ষত বহুস্যাং প্রজায়েয়" (ছা উ ৬।২।৩)—সংকী মশক (লৈ' হায়বদ খঙবা) ঈশ্বরহুনা মাগী উপাধি মায়ানা মরম ওইহুনা নীংই (সংকল্প তৌই)— "ঐ মরাম ওইহুনা প্রজাশিং ওইনা পোকে।" মসিদগী মহাক্লা তাইবঙপানসিবু শেমখি। ঐতরেয় উপনিষত্তদি আত্মা অসিবু সগুণ ব্রহ্ম ওইবা ঈশ্বরদগী খেন্নদনা অস্মুম্না হায়ম্নি—"আত্মা

বা ইদমেক এবাহগ্র আসীন্নান্যৎ বিঞ্চন মিষৎ ঈক্ষত লোকান্নু সৃজা ইতি। স ইমা লোকানসৃজত।।" ( ঐত° উ ১।১।২ (— হৌশেমন্দ্রিঙৈগী মমাঙদা তাইবঙপানসি সৃপ্রা অমত্ত ওইবা আত্মা ওইনা লৈরমই, মহ নত্তবা করিগুম্বা অতোপ্পা পোং অমত্ত লৈরমদে মহাক্না লোক-শিংবু শেমগে হায়না সংকল্প তৌই ( নীংই )। মহৃদগী মহাক্না লোকশিংবু শেমখি।"

মরম অসিনা মফম অসিদা ( গীতা অসিদা ) শ্রীভগবান্না সংসারসিগী মরু মথক্লোমদা লৈ হায়বসি পরমাত্মাবু মরুনি তাকপনি। মসিবু শ্রুতিনস্তু অস্মুম্না হায়রি—উর্ধ্ব মূলোহবাক্শাখ এষোহশ্বৎথ সনাতনঃ। তদেব শুক্রং তদ ব্রহ্ম তদেবাহমৃতমুচ্যতে।।" ( কঠ উ ২।৩।১ )— "মথক্লোমদা মরু লৈবা মখায়োমদা মশা মরেং লৈবা অমস্তুং অরেপ্পা মতম লৈতবা চত্তুনা লাকপা স সারসিগী মশক ওইবা খোংনাং পাম্বীনি। তশেংবদি মসি ব্রহ্মদগী অতোপ্পা নত্তে, ব্রহ্মমক্কি অমস্তুং অমৃতনি হায়বৈ।।"

শ্রীমদ্ভাগবতকী মমুংদস্তু শ্রীভগবান্না মসিবু অস্মুম্না হায়রি—

যস্মিন্নিদং প্রোতমশেষমোতং
পটো যথা তন্তুবিতানসংস্থঃ।
য এব সংসারতরু পুরাণ
কর্ম্মাত্মক পুষ্প ফলে প্রসূতে।।
দ্বে অস্য বীজে শতমূলস্ত্রিনালঃ
পঞ্চস্কন্ধঃ পঞ্চরসপ্রসূতি।
দশৈকশাখো দ্বিসুপর্ণনীড়
ত্রিবল্কলো দ্বিফলোহর্কং প্রবিষ্ট।।
( ভাগ ১১।১২।২১ ২২)

"শব্দ ( শব্দোত্তুনা ) লৈবা লংশিংগী অমত্ত ওইবা ফি লৈবগী মতৌগুম্না পরমাত্মাদা তাই ঃ পানসি লেমহৌবা লৈতনা অমত্ত ওইনা তোত্তুনা লৈবনি। তাইবঙপানগী মশক ওইবা উপাম্বী অসি মমাঙতৈদগী মথং মথং ওইনা লাকপনি অমস্তুং কর্ম্মগী মশক্কি, মসিদা ভোগ অমস্তুং মোক্ষগী মশক লৈ অমস্তুং মহৈ মরোং পাম্মী, সংসারগী মশক ওইবা উপাম্বীসিগী পাপ পুণ্য মরুনি, মশীং লাকঙমদবা বাসনা ( সংস্কার ) মরূনি সত্ত্ব নচিংবা গুণ অহুমগী হৌরকফম্নি পৃথিবীনচিংবা ভূত মঙা মউনি। রূপনচিংবা বিষয় মঙা রসনি, মীং শাকো নচিংবা ইন্দ্রিয় তরামাথোই (জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা, কর্ম্মেন্দ্রিয় মঙা অমস্তুং মন ) মশানি জীব অমস্তু ঈশ্বর কোবা উচেক অনী মসিদা মকোন শাত্নুনা লৈবনি, কপ, বাত্ত অমস্তুং পিত্ত অহুমসিনা মকুনি, অহৃগা অরাবা অমস্তুং সুংঙাইবা অনীসিনা মহৈনি, মতৌ অসুম্না তাইবঙপানগী মশক ওইবা উপাম্বীসি সূর্য্যমণ্ডল কাওবা পাক চাউনা লৈবনি।।"

মরম অসিনা অসিগুম্না সংসারগী মশক ওইবা উপাস্নীসিবু পরমাত্মাগী মায়ানা শাবনি, পরমাত্মা নত্তনা মসি অভোপ্পা নত্তে খঙবা মী অহ্ বেদগী অর্থবু মীংথিনা খঙবা মীনি অস্মুম্না শ্রীভগবান্না তাকপনি ॥ ১ ॥

মথক্তু হায়রিবা সংসারগী মশক ওইবা খোংনা, পাম্বৈসিগী অতোপ্পা শরুক (কায়াং) থরবুম্ন কল্লনা তৌহনা শ্রীভগবান্না অস্মুম্না হায়রি—

অধশ্চোর্ধ্বং প্রসৃতাস্তস্য শাখা
গুণপ্রবৃদ্ধা বিষয় প্রবালা ।
অধশ্চ মূলান্যনুসন্ততানি
কর্ম্মানুবন্ধীনি মনুষ্যলোকে ॥ ২ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— তস্য—সংসারগী মশক ওইবা খোংনা পাম্বৈসিগী গুণপ্রবৃদ্ধা—সত্ত্ব রজ অমসুং তম গুণ অহুম অসিনা ঈশিং ওইবা চাইবদগী চাওখৎপা ওইবা বিষয়প্রবালা = রূপ, রস নচিংবা বিষয়শিং অনৌবা মনাশিং ওইনা পাল্লবা শাখা =অচং চত্ত থরায়পানবশিংগী মশক ওইবা মশাশ অধ =মখাগ্রোমদা মীওইবদগী হৌহনা তীলকাং উ রানচিংবা ফাওবা চ=অমসুং, উর্ধ্বং=মথক্লোমদা দেবতাশিংদগী হৌহনা ব্রহ্মা ( হিরণ্যগর্ভ ) ফাওবা প্রসৃতা = শন্দোক্লা লৈ চ—অহুগা মনুষ্যলোকে=মীওইবগী লোক অসিদদি কর্ম্মানুবন্ধীনি=পাপ পুণ্যগী মশক ওইবা কর্ম্মশিংনা মরম ওইহনা অধ—মখাগ্রোমদা, মূলানি=মরাশিং অনুসন্ততানি= মথং মথং শন্দোক্লনা লৈরিবনি ॥ ২ ॥

অপুনবা অর্থ — সংসারগী মশক ওইবা খোংনা পাম্বৈসিগী সত্ত্বনচিংবা গুণ অহুম্না ঈশিং ওইনা চাইহনা চাওখৎপা ওইবা রূপ রসনচিংবা বিষয়শিংনা অনৌবা মনা মরাম ওইনা পাল্লব অমসুং অচং চত্ত থরায় পানবশিংগী মশক ওইবা মশাশিংনা মখাগ্রোমদা মীওইবদগী হৌহন তীলকাং, উ রানচিংবা ফাওবা অহুগা মথকলোমদা দেবতাশিংদগী হৌহনা ব্রহ্মা ফাওবা শন দোক্লা লৈ অহুগা মীওইবগী লোক অসিদদি পাপ পুণ্যগী মশক ওইবা কর্ম্মশিংনা মরম ওইহন মখাগ্রোমদা মরাশিং মথং মথং শন্দোক্লনা লৈরিবনি ॥ ২ ।

খঙ ঙমদবা মতমদগী হৌহনা লাক্লিবা তাইবংপানসিবু মাঙহল্লগা মোক্ষ ফংবসিদি ওইথোক তবনি হায়না অর্জুনা চিংনরবদা, সংসারগী খঙ ঙমদবা মওঙ মিথ্যানি তাক্লনা মহৃদগী নাম্মোক্লং উপায় শ্লোক অনীদা শ্রীভগবান্না অস্মুম্না হায়রি—

ন রূপমস্যেহ তথোপলভ্যতে
নান্তো চ চাদির্ন চ সংপ্রতিষ্ঠা।
অশ্বত্থমেনং সুবিরূঢ়মূল
মসঙ্গশস্ত্রেণ দঢ়েন ছিত্ত্বা ॥ ৩ ॥

ততঃ পদং তৎ পরিমার্গিতব্যং
যস্মিন্ গতা ন নিবর্ত্তন্তি ভূয়ঃ।
তমেব চাদ্যং পুরুষং প্রপদ্যে
যতঃ প্রবৃত্তি প্রসৃতা পুরাণী ॥ ৪ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—** ইহ=সংসারসিদা লৈবা থরায় পাবশিংবা অস্য রূপং সংসারগী মশক ওইবা খোংবাং পাম্বৈসিগী মওং মতৌবু তথা — মথক্লোমদা মরু লৈ অসিনচিংবা হায়খিবা অহুম্না, ন উপলভ্যতে=উবা খঙবা ঙমদে ন অন্ত (উপলভ্যতে)=মসিগী অরোইববুস্ খঙবা ঙমদে, ন চ আদি —(উপলভ্যতে)—মসিগী অহৌববসু খঙবা ঙমদে ন চ সম্প্রতিষ্ঠা (উপলভ্যতে)=মসিগী ময়ায়দা লৈবগী মওংবুসু খঙবা ঙমদে (মরমদি — অহৌবা অমসুং অরোইবগী মওং খঙলবততদা ময়ায়গী মওংবু খঙবা ঙম্মি নত্রবদি ঙমদে মসিদি শজিনা মরুভূমিদা ঈশিং উবগুম্বনি (মিথ্যানি) এনম — অসিগুম্বা সুবিরূঢ়মূলম=মরু মরা য়াম্না চেংনা লৈরবা, অশ্বত্থম — সংসারগী মশক ওইবা খোংবাং পাম্বৈসিবু দৃঢ়েন = য়াম্না থোরবা অসঙ্গশস্ত্রেণ= সংসারগী পোৎশিংদা পামদবগী মশক ওইবা (বৈরাগ্য ওইবা) খুৎলাইনা ছিত্বা=ককথৎলগা ॥ ৩ ॥ তত =মতুংগী মতম্দা, যত =ইবুংঙো মহোন্দগী পুরাণীপ্রবৃত্তি প্রসৃতা—সংসারগী ঙমথে লৈতবা (অহৌবা খঙদবা) মতমদগী লাকইবা খোঙচৎসি (চৎলক্লিবা) তম এব চ আদ্যং পুরুষং=সংসারগী মরু ওইহুনা অহানবা ওইবা অমসুং শীনথুংবা হকচাং পুম্নমক্কী মনুংদা লৈবা ইবুংঙো মহাক অহুমকুবু, প্রপদ্যে=ঐনা চঙজরি হায়জহুনা যস্মিন গতা =মহুদা চৎপ্রবা (য়ৌপ্রবা) মীশিংনা, ভূয় ন নিবর্ত্তন্তি=সংসারসিদা অমুক হন্না হল্লক্তে, তৎপদং=অহুগুম্বা সংসারসিদগী য়াম্না লাপ্না লৈবা ফংফম থোকপা পস্থংফম অহুবু (বিষ্ণুগী পদ অহুবু), পরিমার্গিতব্যং=থিগদবনি ॥ ৪ ॥

**অপুনবা অর্থ ঃ—** সংসারসিদা লৈবা থরায়পাবশিংবা সংসারগী মশক ওইবা খোংবাং পাম্বৈসিগী মওং মতৌবু মথক্লোমদা মরু লৈ অসিনচিংবনা হায়খিবা অহুম্না উবা খঙবা ঙমদে, মসিগী অহৌবসু খঙবা ঙমদে, অহুগা মসিগী ময়ায়দা লৈবগী মওংবুসু খঙবা ঙমদে (অহৌবা অরোইবা অমসুং ময়ায় খঙদবসি মরুভূমিদা শজিনা থুমিংকী মঙালবু ঈশিংনি নীংঙনা তাৎ নবগুম্বনি হায়বদি মিথ্যানি)। অসিগুম্বা অক্লাবনা মরম ওইহুনা মরু মরা য়াম্না চেংনা তাপ্রবা

সংসারগী মশক ওইবা খোংনাং পান্থীসিবু য়াম্না থৌরবা অমসুং সংসারগী পোৎশিংবু পামদবগী মশক ওইবা (বৈরাগ্য ওইবা) খুৎলাইনা ককথৎলগা মহুগী তুংদা ইবুংঙো মঙোন্দগী সংসারগী ঙমখৈ লৈতবা মতমদগী হায়বদি অহোবা খঙদবা মতমদগী লাকইবা (চৎলক্লিবা) খোঙচৎসিবু অহুগা সংসারগী মরু ওইহনবা অহানবা ওইবা অমসুং শীনথুনবা হকচাং পুম্নমক্কী মহুংদা লৈবা ইবুংঙো মহাকমক্তবু সাধক ঐনা চঙজরি অসুম্না হায়জহনবা মহুদা চৎথ্রবা (কংথ্রবা) মীনা সংসারংদা অমুক হন্না হল্লক্তবা অহুগুম্বা কংকম থোকপা পংম্বুংকমহবু (বিষ্ণুগী পদ অহুবু) থিগদবনি ॥ ৩৪ ॥

## অথুপ্পা বা

খোংনাং পান্থীগী মশক ওইনা তাকখিবা ভাইবঙপানসিদগী জীবনা লান্থোক্কনা চৎপসি অয়ায়বা থবক নত্তে। অহুবু শ্রীভগবান্না সংসারগী পোৎশিংগী অপাম্বা থাদোকপবু (বৈরাগ্যবু) নসিদগী (ভাইবঙপানসিদগী) লান্থোক্কবা উপায় অমা তাক্লি। অপাম্বা থাদোকপসি অয়ায়বা থ্রা [illegible] ভ। সংসার অসি "ঐনি অমসুং ঐগীনি" হায়না য়াম্না পাম্না পুক্নীং থিংজিননা মরম ওইহনবা ঙমখৈ লৈতবা মতমদগী হৌহনা চৎলগা হৌজিক ফাওবা লৈরক্লিবনি অমসুং তুংদসু লৈগদবনি। অহুবু ঐখোয়না বিচার তৌহনা মনবু ফাজিনবা ঙম্নবদি "ঐনি অমসুং ঐগীনি" হায়বা অপাম্বসি থাদোকপা ঙমগনি। ঐখোয় পোকপা মতমদা সংসারগী কাবগুম্বা পোং অমত্ত পুহনা লাক্তে সুপ্পা "ঐনি" হায়না নাপল তৌরিবা হকচাংসিদবু পুহনা লাকই অহুগা শিবা মতমদদি নাপল তৌফম হকচা অসিবুসু থাদোক্কনা ইতোমতমক চৎখিগনি, সংসারসিদা ঐগীনি হায়না লৈবা পোৎ পুম্নমক লোইনা লৈহৌই পুক্নিচুপ্পা তাল্লম্বা লুপা শংবা অহুদগী পৈশা অমত্তং ফাওবা পুহনা চৎপা ঙমদে। ফীবম অসিদা লৈরিবা পোৎশিং অহু "ঐগীনি" হায়বা কয়ম্না য়াগনি? মতম অহুদা ঐগীনি হায়বা য়াবা পোত্তি ঐনা তৌজবা কর্ম্মগী মতুং ইন্না কংবা পাপ পুণ্য অনীহুত্তনি। মহুত্তবু পরলোকতা (অতোপ্পা, শিরবা তুংদা কংলুগদবা মফমদা) পুহনা চৎকদবনি অমসুং মহুগী মতুং ইন্না মপোক কংগদবনি। মসিবু গরুড় পুরাণদা অসুম্না হায়রি—

ধনানি ভূমৌ পশবশ্চ গোষ্ঠে
নারী গৃহদ্বারি জনা শ্মশানে।
দেহশ্চিতায়াং পরলোকমার্গে
কর্ম্মানুগো গচ্ছতি জীব এক ॥

"কনাগুম্বা মী অমা শিরবদা মানা তানশিল্লম্বা লুপা শংবাহু লৈপাক্তা তাহনা লৈহৌই, মানা লোইরম্বা শা শলমচিংবা পুম্নমক শংগোন্দা লৈহৌই, য়াম্না নুংশিবনি হায়না লুনা তৌরম্বা

মুপী অহুম্ব থোঙজীন মপান্দা লৈহৌই, অহুগা মু শিন্না তিন্নরন্বা মরূপ মপা, পুম্নমকম্ব শ্মশান য়ৌরগা হনখি অহুগা পোকপদগী শিবা কাওবদা ঐখি খঙলম্বা হকচাংসিম্ব চিন্তাদা মৈনা চাক্লনা লৈহৌই। মতম অহুদদি হিংলিঙৈ মতমদা মান্না তৌজখিবা কর্ম্ম অহুখক্ত পুহনা জীবনা মতোমদা পরলোকী লম্বীহুদা চৎলী॥"

মরম অসিনা সংসারগী পোৎশি দা "ঐগীনি" হায়বা অমস্ব, পাম্বা তৌদনা লৈরিবা অমস্ব, কংলিবা পোৎ পুম্নমকপু ঈশ্বর মাগীনি লেপ্পুনা মশাবুনা পোৎশিংহুবু ঙাক্লনা লৈবা চৌকিদারনি খঙগদবনি। ইমুং মম্ন দা থাদোক্লবা য়াদনা লৈরিবা মতু মচানচিংবা পুম্নমক্কী মফমদম্ব ঈশ্বরনা মাগী নাক্তা মথোয়'সিবু ঙাকপি শনবীনবা থারকপনি অমস্ব, মহাক্না হিংলিবমখৈ মথোয়বু ঙাক শেন্দুনা চাওখৎনবা তৌবসি মথৌনি খন্দুনা কন্না হোৎনগদবনি অমস্ব, ধর্ম্ম কায়দনা লল থুম তানশিন্নবম্ব হোৎনগদবনি অহুগা মহুদা "ঐগীনি" হায়বা নাপল পুমথা থাদোক্লদবনি ঈশ্বরগী সেবানি খন্দুনা ঙস্না মখৈ অতোপ্পগী কান্নবম্ব তৌগদবনি। মতৌ অম্মুম্না অভ্যাস তৌহনা শৈবা মীনা থবক পুম্নমক তৌহনা লৈরবম্ব পোৎ পুম্নমক্তা "ঐগীনি" হায়বা অপাম্বা থাদোকপা ঙমগনি। মহুদগী পুক্নিং শেংদোকখিহুনা পরমাত্মাবু য নবা লম্বীদা চৎপা হৌগনি। মসিনি সংসারবু অথোবা খুংলাইনা ককথৎপা হায়বহু।

মতৌ অম্মুম্না সংসারগী মশক ওইবা উপাম্বী অসিবু ককথৎলবা মতুংদা পরমাত্মাগী মশক খঙনবা অকবা গুরুগী মনাক্তা চত্তুনা অথপ্পা তত্ত্ব হংগদবনি। মরম অসিদগী শ্রুতিনা অম্মুম্না হায়রি—উত্তিষ্ঠত জাগ্রত প্রাপ্য বরান্ নিবোধত" (কঠ উ ১।৩।১৪)—"হে মীওইবা। হৌগৎলো নমীৎ পাৎলো পরমার্থ তত্ত্ববু খঙবা অথোইবা গুরুশিংগী মনাক্তা চত্তুনা পরমেশ্বরগী তত্ত্ব খঙনবা হোৎনরো।" মতৌ অম্মুম তৌরনা কন্না হোৎনরবতদা শ্রীবিষ্ণুগী অথোইবা পদহুবু ফংবা ঙমগদবনি ॥ ৩৪ ॥

মথক্তা হায়রিবা বিষ্ণুগী অথোইবা পদসিবু করম করম্বা সাধন তৌবা মীশিংনা ফংবা ঙমই হায়বসিবু হৌজিক ভগবান্না অম্মুম্না তাক্লি—

নির্মানমোহা জিতসঙ্গদোষা
অধ্যাত্মনিত্যা বিনিবৃত্তকামাঃ।
দ্বন্দ্বৈর্বিমুক্তাঃ সুখদুঃখসংজ্ঞৈ
র্গচ্ছন্ত্যমূঢাঃ পদমব্যয়ং তৎ ॥ ৫ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — নির্মানমোহা —ঐ অখঙ অহেনি অচৌবা মীনি হায়বা নাপল অমস্ব, ঙমহত্তুনা হকচাংবু ঐনি হায়না শেয়ান্নমা খঙবা অনীসি লৈত্রবা, জিতসঙ্গদোষা = সংসারগী পোৎ শিংদা লৈবা অপাম্বগী মশক ওইবা দোষবু জয় তৌরবা, অধ্যাত্মনিত্যাঃ = পরমাত্মাগী তত্ত্ববিচার

তৌবদা মতম পূম্নমক্তা পুক্নী থিংজিন্দুনা থম্লবা বিনিবৃত্তকামা =বিষয়ভোগশিং ফংননবা নীংবা থাদোক্লবা, সুখদুখ সংজ্ঞৈ দ্বন্দে বিমুক্তা =অরা নু ৎাইগী মরম ওইবদগী অরা-নুংৎাই কৌবা অঙৈ অশানচিংবা অমগী মথংদা অমা লাক্কদবা ফাইবোকশিংদগী নান্থোকগ্রবা, অমূঢা =অমস্ত্ অজ্ঞান লৈত্রবা মীশিং অদুনা, তৎ অব্যয়ং পদ =বিষ্ণুগী অমাঙ অতা লৈতবা পদদুবু ( অশেংবা মশক অদুবু ) গচ্ছন্তি=ফ ই ॥ ৫ ॥

অপূনবা অর্থ — অচৌবা মীনি হায়বা নাপল অমস্তুং হকচাংবু ঐনি হায়না শেন্নান্নবা থঙবা লৈত্রবা সংসারগী পোৎশিংদা লৈবা অপান্বগী মশক ওইবা দোষবু জয় তৌরবা পরম্যাত্মাগী তত্ত্ববিচার তৌবদা মতম পূম্নমক্তা পুক্নী থিংজিন্দুনা থম্লবা, বিষয়ভোগ ফংগে নী ববু থাদোক্লবা অরা নুংৎাইগী মরম ওইবদগী অরা নু ৎাই কৌবা অঙৈ অশানচি বা ফাইবোকশি দগী নান্থোক্লবা অমস্তুং অজ্ঞান লৈত্রবা মীশিং অদুনা বিষ্ণুগী অমাঙ অতা লৈতবা পদদুবু ( পরমপদবু ) ফংই ॥ ৫ ॥

হৌজিক পন্থ্ংক্রম ওইবা বিষ্ণুগী পদ ( পরম পদ ) অদুগী থোইদোকপা মওঙবু ভগবান্না অস্মুম্না তাক্লি—

ন তদ ভাসযতে সূর্য্যো ন শশাঙ্কো ন পাবক ।
যদ গত্বা ন নিবর্ত্তন্তে তৎ ধাম পরমং মম ॥ ৬ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা।— যৎগত্বা=পন্থংক্রম ওইবা বিষ্ণুগী পদ ( পরম পদ পরমাত্মাগী অশে বা মশক ) অদুবু ফংলগা, ন নিবর্ত্তন্তে—জ্ঞানী ওইবা সাধকশিংনা সংসারসিদা অমুক হল্লক্তে ত =পরমাত্মাগী অদুগুম্বা মঙালগী মশক ওইবা পদ (মশক) অদুবু সূর্য্য ন ভাসয়তে=নুমিৎনা ঙান্থোকহনবা ঙমদে ন শশাঙ্ক ( ভাসয়তে )=থা নস্তু ঙান্থোকহনবা ঙমদে (তথা) ন পাবক ( ভাসয়তে )—মতৌ অদুম্না মৈনস্তু ঙান্থোকহনবা ঙমদে তৎ মম পরমং ধাম—মহ কৃষ্ণ এগী মতোমদা ঙান্দুন লৈবা অথোইবা পদনি ( মশক্লি ) ॥ ৬ ॥

অপূনবা অর্থ — পন্থংক্রম ওইবা বিষ্ণুগী পদবু ফংলগা জ্ঞানী ওইবা মীশি না স সারসিদা অমুক হল্লক্তে অদুগুম্বা পরমাত্মাগী মঙালগী মশক ওইবা পদ ( মশক ) অদুবু নুমিৎনা ঙান্থোকপ ঙমদে, থানা ঙান্থোকপা ঙমদে মহ কৃষ্ণ ঐগী মতোমতা ঙান্দুনা লৈবা অথোইবা মশক্লি ॥ ৬ ॥

## অথুপ্পা বা

পরমাত্মাগী অশেংবা মশক্তি অতোপ্পগী মতেং য়াওদনা মতোমদা ঙান্দুনা লৈবা জ্ঞাননি। জ্ঞাননু ঙান্থোকহনবা অতোপ্পা পোৎ অমত্ত লৈতে। জ্ঞান অসিতনা অচেতন ওইবা হায়বদি চঙদবা নত্রগা অশিবা ( জড় ) ওইবা পোৎ নুমিৎ-থা নচিংবা পূম্নমকসিবু ঙান্থোক্পনা থম্লিবা ঙাক্কনি। মদুগী অসিনা শ্রুতিনা হায়রি—"জ্যোতিষামপিতজ্জ্যোতি ( যো শি উ ৩।১২) —"মশা মতোমদা ঙান্দুনা লৈবা পরমাত্মানা নুমিৎ, থা নচিংবগীস্তু মঙালনি ।"

ন তত্র সূর্য্যো ভাতি ন চন্দ্রতারকং
নেমা বিদ্যুতো ভান্তি কুতোঽয়মগ্নিঃ।
তমেব ভান্তমনুভাতি সর্ব্বং
তস্য ভাসা সর্ব্বমিদং বিভাতি।
(কঠ উ ২।২।১৫)

"পরব্রহ্মগী মশক ওইবা ধাম অদুদা নুমিৎ ঙান্নোক্তে থা অমসু, থবান্মীচাক ঙান্নোক্তে মো,-থাঙশি সি ঙান্নোক্তে (ফীবম অসিদা) মৈ অসিনদি করম্না ঙামগনি? পরমাত্মাসিগী ঙান্নুনা লৈবা মরমদগী পুম্নমকসি ঙাল্লিবনি ইবু ঙো মাগী মঙালনা মরম ওইদুনা পুম্নমকসি (ঙান্নো,ক-পিদুনা) উরিবনি॥"

অসিগুম্না বিষ্ণুগী (পরব্রহ্মগী) মশক ওইবা ধামসিবু ফংলগা অমুক হল্লক্তে হায়বসিবুসু অসুম্না হায়রি— "ন চ পুনরাবর্ত্ততে ন চ পুনরাবর্ত্ততে" (ছা উ ৮।১৫।১)— স সারসিদা অমুক হন্না হল্লক্তে অমুক হন্না হল্লক্তে।" মরম অসিনা অরাবগী মশক সংসারসিদা অমুক হল্লক্তবা নু ঙাইবগী মশক মোক্ষবু ফংনবগীদমক বুদ্ধি লৈতাবা লৈবা মীনা শোয়দনা হোৎনগদবনি॥ ৬॥

ব্রহ্মদগী অতোপ্পা জীবনা ব্রহ্মদা অমত্ত ওইনা তিননবগী মশক মোক্ষবু করম্না ফংবা য়াগনি ায়না চি নরবদা জীবসি অজ্ঞান্না মরম ওইদুনা ব্রহ্মদগী থায়দোক্লুবা তোপ্পা লৈবগুম তৌবা মচেৎ অমনি অজ্ঞান মাঙখ্রবদা মহাক অমুক হন্না ব্রহ্মদা তিননবনি হায়বসিবু ভগবান্না তাকপা ্াই—

মমৈবাংশো জীবলোকে জীবভূতঃ সনাতনঃ।
মনঃষষ্ঠানীন্দ্রিয়াণি প্রকৃতিস্থানি কর্ষতি॥ ৭॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা :—** মম এব=পরব্রহ্ম কৃষ্ণ ঐমকুগী, সনাতন অংশ =লেঙদবা নিত্য ওইবা মচেৎ অমনা, জীবলোকে=সংসারসিদা জীবভূত = থরায়পানবা জীব ওইরগা কর্ত্তা অমসুং ভোক্তা ওইদুনা প্রকৃতিস্থানি=মচাক ওইবা মরম প্রকৃতিদা থুপ্পুনা লৈবা, মন ষষ্ঠানীন্দ্রিয়াণি—মনা তরুকশুবা ওইনা লৈবা ইন্দ্রিয় মঙাবু (মীৎ, নাকোং, নাতোন উনশা অমসুং লৈয়েং কীবা জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙাবু), কর্ষতি=চিংথোকই॥ ৭॥

অপুনবা অর্থ — পরব্রহ্ম কৃষ্ণ ঐমকুগী লেঙদবা নিত্য ওইবা মচেৎ অমনা তাইবংপানসিদা ারায়পানবা জীব ওইরগা কর্ত্তা অমসু ভোক্তা ওইদুনা প্রকৃতিদা থুপ্পুনা লৈবা, মননা তরুকশুবা ন্দ্রিয় ওইবা জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙাবু চিংথোকই॥ ৭॥

অথূপ্পা বা

জীব অসি পরমাত্মা ব্রহ্মদগী অতোপ্পা অমা নত্তে, মাগী মচেৎ অমনি। পরব্রহ্ম শীনথু্ংবা লৈবা মরম্না মচেৎ মকায় তাবা পোৎ অমা নত্রবস্থু চক্ষুনচিংবা উপাধিনা মরম ওইদুনা মচেৎ লৈতবা আকাশকী মচেৎ অমা চফু মনুংদা লৈবগুম্না মায়ানা শাবা অন্ত করণ ( মন ) ওইবা উপাধিনা মরম ওইদুনা মহুদা লাকপা ব্রহ্মগী শরুক অদুবু মচেৎ ওইবা ব্রহ্মনি হায়বনি। মরম অসিনা বেদান্তদর্শনদস্থু অস্থুম্না হায়রি— "অংশো নানাব্যপদেশাৎ" ( বে দ ২।৩।৪৩ )— "জীবাত্মাসি ব্রহ্মগী মচেৎ অমনি।" মরমদি উপাধিনা মরম ওইদুনা তোপ্পা লৈবা জীববু অমুক হন্না ব্রহ্মদা তিনখিনবা উপদেশ শ্রুতিনা অস্থুম্না পীরি— "তত্ত্বমসি" ( ছা উ ৬।৮।৭ )— "সৎ ওইবা ব্রহ্মদু নংনি "সোঽন্বেষ্টব্য° সবিজিজ্ঞাসিতব্যঃ" ( ছা উ ৮।৭।১ ) "নশাগী মশক খঙনবা মদু ( নশাগী মশক ওইবা ব্রহ্মদু ) থিগদবনি অমস্থুং অখঙবা গুরুগী মফমদা নীংথিনা হংগদবনি।" মরম অসিনা তশেংনা ময়াম নত্তে হায়বসিবুস্থু শ্রুতিনা অস্থুম্না তাকই— "একমেবাদ্বয়ং ব্রহ্ম নেহ নানাস্তি কিঞ্চন" ( অ উপ —৬৩ ) অনীগুবা লৈতবা অমত্তংদা ওইবা ব্রহ্মনি, মঙোন্দা খেন্নবা ময়াম ওইবা অমত্ত লৈতে।"

"তৎসৃষ্ট্বা তদেবানুপ্রাবিশৎ" ( তৈ উ ২।৬।১ )— "পরমাত্মানা হকচাং সিবু শেম্লগা মদুগী মনুংদা জীব ওইবা চঙখি।" মসি শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণদস্থু উদ্ধবকী মফমদা শ্রীভগবান্না অস্থুম্না তাক্লি—

একস্যৈব মমাংশস্য জীবস্যৈব মহামতে।
বন্ধোঽস্যাঽবিদ্যযাঽনাদির্বিদ্যযাচতথেতৰ॥
( ভাগ ১১।১১।৪ )

"লৌশিং চাউবা হে উদ্ধব! কৃষ্ণ ঐগী মচেৎ অমত্তং ওইবা জীবসিগী, অবিদ্যানা ( মশাবু খঙদবগী মশক ওইবা অজ্ঞান্না ) মরম ওইদুনা ঙমখৈ লৈতবা মতমদগী সংসারদা পুন্দুনা লৈবনি। অদুগা বিদ্যানা ( মশাবু খঙবগী মশক ওইবা জ্ঞাননা ) মরম ওইদুনা কৃষ্ণ ঐঙোন্দা তিন্নবগী মশক মোক্ষ কংবনি।"

মরম অসিনা অন্ত করণ উপাধি লৈরিঙৈগী মতম অদুকী মখৈ জীব ব্রহ্মদগী তোপ্পা খঙনরবস্থু জানবা মরম ওইদুনা অন্ত করণ উপাধি অসি মতম পুম্নমকী ওইবা পুম্নাও মাঙখ্রবদা ব্রহ্মদা অমত্ত ওইবা তিন্নী হায়বসিদা করিমত্ত কায়বা লৈতে ॥ ৭ ॥

করম্না মতমদা জীবাত্মানা মনগা লোয়ননা ইন্দ্রিয়শিংবু চিংথোকই হায়বদু হৌজিক অস্থুম্না তাক্লি—

শরীরং যদবাপ্নোতি যচ্চাপ্যুৎক্রামতীশ্বর ॥
গৃহীত্বৈতানি সংযাতি বায়ুর্গন্ধানিবাশয়াৎ ॥ ৮ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ৷—** যৎ অপি=করিগুম্বা মতমদম্মু ওইসনু, ঈশ্বর =হকচা৲ অমম্মু৲ ইন্দ্রিয়শিং৲গী মপু ওইহূনা লৈরিবা জীবসিনা, উৎক্রামতি=শিরবা হকচা৲সিবু থাদোক্কুনা চৎলী (তদা কর্ষতি) =মতম অহূদা মনগা লোয়নবা ইন্দ্রিয়শিং৲বু চিং৲থোকই, যৎ চ=অহুগা মতম অহূদা শরীর৲ অবাপ্নোতি—অতোপ্পা হকচা৲ অমবু লৌই, (তদা) বায়ু আশয়াৎ গন্ধান ইব—মতম অহূদম্মু নুং৲শিংনা মনম লৈবা মফম লৈ নচি বদগী মনম পুহূনা চৎপগী মতৌগুম্না এতানি গৃহীত্বা সং৲যাতি=মনগা লোয়নবা ইন্দ্রিয়শিং৲বু পুহূনা চৎলী ॥ ৮ ॥

**অপুনবা অর্থ ৷—** করিগুম্বা মতমম্মু ওইসনু হকচা৲ অমম্মু৲ ইন্দ্রিয়শিং৲গী মপু ওইহূনা লৈরিবা জীবসিনা, শিরবা হকচা৲বু থাদোক্কুনা চৎলী, মতম অহূদা মানা (জীবাত্মানা) মনগা লোয়নবা ইন্দ্রিয়শিং৲বু চিং৲থোকই, অহুগা অতোপ্পা হকচা৲ অমবু লৌই মতম অহূদম্মু নুং৲শিংনা মনম লৈবা লৈ নচিং৲বদগী মনম পুহূনা চৎপগী মতৌগুম্না মনগা লোয়নবা ইন্দ্রিয়শিং৲বু জীবাত্মানা পুহূনা চৎলী ॥ ৮ ॥

হৌজিক মনগা লোয়নবা ইন্দ্রিয়শিং৲বু অতোপ্পা হকচা৲দা পুহূনা চৎপগী মরম তাকপগা লোয়নবা ইন্দ্রিয়শিং৲গী মমিং৲ হায়রি—

শ্রোত্রং চক্ষু স্পর্শনং চ রসনং ঘ্রাণমেব চ।
অধিষ্ঠায় মনশ্চায়ং বিষয়ানুপসেবতে ॥ ৯ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা —** অয়৲=হকচা৲ লোহূনা লৈরিবা জীবাত্মা অসিনা শ্রোত্র৲ = নাকোং৲, চক্ষুং=মীৎ, স্পর্শন৲ — উনশা, রসন৲=লৈয়েং৲, ঘ্রাণম=নাতোন, জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা, এব চ—মতৌ অহুম্না কর্মেন্দ্রিয় মঙা, প্রাণ মঙা চ=অহুগা, মন =পুক্নীং৲, অধিষ্ঠায়—মথোয় তরা তরুক অসিগী মতেং৲ লৌহূনা, বিষয়ান=রূপ রস নচিং৲বা ভোগ্য ওইবা পোৎশিং৲বু, উপসেবতে —মনীং৲তম্না সেবন তৌহূনা হায়বদি চাদুনা লৈ ॥ ৯ ॥

**অপুনবা অর্থ ঃ—** হকচা৲ লোহূনা লৈরিবা জীবাত্মা অসিনা নাকোং৲ মীৎ, উনশা, লৈয়েং৲ অমম্মু৲ নাতোন জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা, মতৌ অহুম্না কর্মেন্দ্রিয় মঙা, প্রাণ মঙা অমম্মু৲ মন মথোয় তরাতরুক অসিগী মতেং৲ লৌহূনা ভোগ্য ওইবা পোৎশিং৲বু সেবন তৌহূনা হায়বদি চাদুনা লৈ ॥ ৯ ॥

হকচাংগী মনুং৲দা লৈহূনা বিষয়ভোগ তৌরিবা আত্মা অসিবু মীনা করি মরমদগী খঙ ত্রিবনো অম্মুম্না চিং৲নরবদা মহুগী মরম তাক্কুনা অম্মুম্না হায়রি—

উৎক্রামন্তং স্থিতং বাপি ভুঞ্জানংবা গুণান্বিতম্।
বিমূঢ়া নাহনুপশ্যন্তি পশ্যন্তি জ্ঞানচক্ষুষ ॥ ১০ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — বিমূঢা =হকচা৲ অসিব ঐনি খন্দুনা বিষয়ভোগ তৌবদা শুমহত্তু৲না লৈবা অপঙবা মীশিং৲না উৎক্রামন্ত৲—শিরবা হকচা৲বু থাদোক্তুনা চৎলিবা স্থিত৲ বা অপি=নত্রগা হকচা৲সিদা হিংত্থনা লৈরিবা ভুঞ্জান৲ বা=নত্রগা মখল মখা অয়াম্বা বিষয়শিং বু ভোগ তৌত্থনা লৈরিবা, গুণান্বিতম=অমম্থু৲ সত্ত্বনচিং৲বা গুণশিং৲দগী ওইরকপা অরা-মু৲ঙাইনচিং৲ববু ফং৲ত্থনা লৈরিবা জীবাত্মাসিবু ন অনুপশ্যন্তি=উদে, অত্থুগা জ্ঞানচক্ষুষ —শাস্ত্রনচিং৲বা প্রমাণদগী পোকপা জ্ঞানগী মশক ওইবা মীৎ লৈবা মীশি নদি, পশ্যন্তি—আত্মাসিবু উই ॥ ১ ॥

**অপুনবা অর্থ** — হকচা৲সিদবু ঐনি খন্দুনা বিষয়ভোগ তৌবদা শুমহত্তু৲না লৈবা অপঙবা মীশিং৲না শিবা মতমদা হকচা৲সিবু থাদোক্তুনা চৎলিবা নত্রগা হৌজিক হকচা সিদা হিং৲ত্থনা লৈরিবা নত্রগা বিষয়বু ভোগ তৌত্থনা ( চাদুনা ) লৈরিবা অমম্থু৲ অরা মু ঙাইনচিং৲ববু ফং৲ত্থনা লৈরিবা জীবাত্মাসিবু উদে অত্থুগা শাস্ত্রনচিং৲বগী প্রমান্দগী পোকপা জ্ঞানগী মশক ওইবা মীৎ লৈবা মীশিং৲নদি আত্মাসিবু উই। ১ ॥

আত্মাসিবু জ্ঞানগী মশক ওইবা মীৎ লৈবা মীনা উই অত্থুগা জ্ঞান লৈতবা মীনা উদে হায়বসিগী মরম অস্থুম্না তাক্লি—

যতন্তো যোগিনশ্চৈনং পশ্যন্ত্যাত্মন্যবস্থিতম্।
যতন্তোঽপ্যকৃতাত্মানো নৈনং পশ্যন্ত্যচেতস ॥ ১১ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — যতন্ত =ধ্যান নচিং৲বা তৌত্থনা চেকশিন্না হোৎনত্থনা লৈবা যোগিন চ—পূক্নী৲ ফাজিন্দুনা থম্বা যোগীশিং৲না আত্মনি অবস্থিতম —মখোয়গী থম্মোয়দা লৈবা এন৲ পশ্যন্তি —আত্মাসিবু উত্থনা ঐনি হায়না থঙই অত্থুগা অকৃতাত্মান —নিষ্কাম কর্ম্মনচিং৲বা তৌত্থনা পূক্নী৲ শেং৲দোক্লিবা, অচেতস =বুদ্ধি লৈতবা মীশিং৲নদি, যতন্ত অপি=খঙগে হায়না হোৎনরবস্থু, এন৲ ন পশ্যন্তি=আত্মাসিবু উবা ফং৲দে ॥ ১১ ॥

**অপুনবা অর্থ** — ধ্যান-নচিংবা তৌত্থনা ( আত্মাবু উনবা ) হোৎনত্থনা লৈবা পূক্নী৲ শেং৲বা যোগীশিং৲না থম্মোয়দা লৈবা আত্মাসিবু উত্থনা ঐনি হায়না থঙই, অত্থুগা নিষ্কামকর্ম্ম-নচিং৲বা তৌত্থনা পূক্নী৲ শেং৲দোক্লিবা বুদ্ধি লৈতবা মীশিং৲নদি আত্মাবু খঙগে হায়না হোৎনরবস্থু উবা ঙমদে ॥ ১১ ॥

তরুকওবা শ্লোকতা— "ন তদ ভাসয়তে সূর্য্য "— "ভগবানগী পরমপদবু সূর্য্যনা ঙান থোকপা ঙমদে" অসিনচিং৲বনা হায়খিবা অমম্থু৲ মত্থবু কংবা মীনা অমুক হন্না সং৲সারদা হল্লক্তে

তাকখিবা অহৌবু হৌজিক শব্দোক্না তাক্লুনা শ্লোক মরিনা শ্রীভগবানগী মতীক মগুণবু অস্থুম্না হায়রক্লি—

যদাদিত্যগতং তেজো জগদ্ভাসয়তেঽখিলম্ ।
যচ্চন্দ্রমসি যচ্চাগ্নৌ তত্তেজো বিদ্ধি মামকম্ ॥ ১২ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— আদিত্যগত, যৎ তেজ =নুমিত্ত লৈবা মঙাল অহৌ যৎ চন্দ্রমসি= থ দা লৈবা মঙাল অহৌ য, চ অগ্নৌ=অমসুং, মৈদা লৈবা মঙাল অহৌ অখিল জগৎ ভাসয়তে —তাইবঙ পুম্নমসিবু ঙাস্থোক্লুনা থম্বা ওই, তৎ তেজ =মতৌ অসিগুম্বা মখোয়দা লৈবা মঙাল অহৌ মামক, বিদ্ধি=কৃষ্ণ ঐগী ইঙাগ্নি খঙউ ॥ ১২ ॥

অপুনবা অর্থ — নুমিত্ত লৈবা মঙাল থাদা লৈবা মঙাল অমসুং, মৈদা লৈবা মঙাল অহৌ তাইবঙপানবসিবু ঙাস্থোক্লুনা থম্বা ওই (থম্মি), মতৌ অসিগুম্বা মখোয়দা লৈবা মঙাল অহৌ কৃষ্ণ ঐগী ইঙাগি খঙউ ॥ ১২ ॥

শ্রীভগবান পুম্নমক্কী আত্মানি হায়বসিবু হৌজিক তশেংনা অস্থুম্না তাক্লি —

গামাবিশ্য চ ভূতানি ধারয়াম্যহমোজসা ।
পুষ্ণামি চৌষধীঃ সর্ব্বাঃ সোমোভূত্বা রসাত্মকঃ ॥ ১৩ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— অহম —পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐনা, গাম আবিশ্য চ=পৃথিবীসিগী মনুংদস্থ চঙলুনা ওজসা=ঐগী মায়াগী মশক ওইবী শক্তিনা মরম ওইহনা ভূতানি ধারযামি—অচৎ চত্ত থরায় পানবা পুম্নমকপু ঙাক্লুন থম্লিবনি রসাত্মক সোম ভূত্বা—রসকী মশক থা ওইহনা, সর্ব্বা ঔষধী পুষ্ণামি=ফৌ মচিংবা মাপীশীংনা পুম্নমকপু রস পীহনা চাওখংহল্লিবনি ॥ ১৩ ॥

অপুনবা অর্থ — পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐনা পৃথিবীসিগী মনুংদস্থ চঙলগা ঐগী মায়াগী মশক ওইবী শক্তিনা মরম ওইহনা অচৎ চত্ত থরায় পানবা পুম্নমকপু ঙাক্লুনা থম্লিবনি অহৌগা রসকী মশক ওইবা থা ওইহনা ফৌমচিংবা মাপী-শীংনা পুম্নমকপু রস পীহনা চাওখংহল্লিবনি ॥ ১৩ ॥

শ্রীভগবান থরায় পানবা পুম্নমকী আত্মানি হায়বসিদা অমুক হন্না অস্থুম্না তশেংনা তাক্লি—

অহং বৈশ্বানরো ভূত্বা প্রাণিনাং দেহমাশ্রিত ।
প্রাণাঽপান সমাযুক্ত পচাম্যন্নং চতুর্ব্বিধম্ ॥ ১৪ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— অহং=পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐনা, বৈশ্বানর ভূত্বা—বৈশ্বানর কোবা পুক্ত নৈবা ম ওইহনা, প্রাণিনাম দেহং আশ্রিত —থরায় পানবশিংগী হকচাংদা লৈহনা, প্রাণাঽপান সমাযুক্ত প্রাণ অমসুং অপানগা লোয়ননা তিন্নরগা চতুর্ব্বিধম অন্নম—চীঙাক মথল মরি ( য়ানা

শায়হুনা চানবা), (২) লৈয়েংনা ওস্তুনা চানবা, (৩) লৈনা লেক্তুনা চানবা (৪) চুপ্তুনা চানবা অসিবু পচামি=তুমহল্লী। ১৪।

**অপুনবা অর্থ:—** পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐনা বৈশ্বানর কৌবা পুক্ত লৈবা মৈ ওইহুনা থবায় পানবশিংগী হকচাংদা লৈরগা প্রাণ অমসুং অপানগা লোয়নবা তিন্নহুনা চাগ্রবা মখল মরিগী চীজাকপু তুমহল্লী॥ ১৪॥

শ্রীভগবান পুম্নমক্কী আত্মা ওইহুনা ব্যবহার পুম্নমকপুসু তৌই হায়বসিবু অসুম্না তাক্লি—

সর্ব্বস্য চাহং হৃদি সন্নিবিষ্টো

মত্তঃ স্মৃতির্জ্ঞানমপোহনং চ।

বেদৈশ্চ সর্ব্বৈরহমেব বেদ্যো

বেদান্তকৃদ্বেদবিদেব চাহম্॥ ১৫॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা —** অহং=পরমাত্মা ঐসি সর্ব্বস্য=ব্রহ্মাদগী হৌহুনা তীল কাং অমসুং উ না ফাওবা অচং চত্ত থবায় পানবা পুম্নমক্কী হৃদি সন্নিবিষ্ট=থম্মোয়দা চংহুনা আত্মা ওইনা মুংডাইনা লৈরিবনি, চ=অদুগা, মত্ত=পুম্নমক্কী আত্মা ওইনা লৈবা কৃষ্ণ ঐনা মরম ওইহুনা স্মৃতি= নীংশিংবা জ্ঞানং=খঙবা, অপোহনং চ=অমসু কাউবা ওইরিবনি, চ=অদুগা সর্ব্বে বেদ= কর্ম্মকাণ্ড, উপাসনাকাণ্ড অমসু জ্ঞানকাণ্ডগী মশক ওইবা বেদ পুম্নমক্কা অহ এব বেদ্য—ইন্দ্র বরুণ মৈনচিংবগী মশক ওইনা পরব্রহ্ম কৃষ্ণ ঐমক খঙগদবা ওইবনি অহং বেদান্তকৃৎ=বেদান্তগী অর্থবু শব্দোক্লা তাকপিহুনা গুরু অমগী মথংদা গুরু অমা লাকহনবা বেদব্যাসনচি বসু কৃষ্ণ ঐনি চ— অদুগা, অহং এব বেদবিৎ—বেদশিংবু খঙবা অদুসু কৃষ্ণ ঐমক্লি (অতোপ্পা অমা নত্তে)॥ ৫॥

**অপুনবা অর্থ —** পরমাত্মা কৃষ্ণ ঐসি অচং-চত্ত থবায় পানবা পুম্নমক্কী থম্মোয়দা চংহুনা আত্মা ওইনা মুংডাইনা লৈরিবনি। অদুগা পুম্নমক্কী আত্মা ওইনা লৈবা কৃষ্ণ ঐনা মরম ওইহুনা নীংশিংবা, খঙবা অমসু কাউবা ওইরিবনি অমসুং বেদ পুম্নমক্কা ইন্দ্রমচিংবা লাইশিংগী মশক ওইবা পরব্রহ্ম কৃষ্ণ ঐমক খঙগদবা ওইবনি বেদান্তগী অর্থবু তাকপিহুনা গুরু পরম্পরা (সম্প্রদায়) চংহনবা বেদব্যাসনচিংবসু কৃষ্ণ ঐনি। অদুগা বেদশিংবু খঙবা অদুসু কৃষ্ণ ঐনি (বেদ খঙবা মী পুম্নমক কৃষ্ণ ঐঙোন্দগী অতোপ্পা অমা নত্তে)॥ ১৫॥

### অথূপ্পা বা

ব্রহ্মাদগী হৌহুনা উ না ফাওবা অচং চত্ত থবায় পানবা পুম্নমক্কী মুংদা জীবগী মশক ওইনা সাক্ষাৎ পরমেশ্বর কৃষ্ণমত্ত মায়ানা মরম ওইরগা চংহুনা লৈবনি, মঙোন্দগী অতোপ্পা জীব কৌবা অমা লৈত্তে হায়বদি জীব অহ্ 'কৃষ্ণমক্লি' সুপ্পা অন্তকরণ উপাধি লৈবদগী তোঙান্না উবদনি। মরম

অসিনা শ্রুতিনা তাক্লি— "স এব ইহ প্রবিষ্ট" (বৃ উ ১।৪।৩)— পরমাত্মামক জীব ওইদুনা হকচাংসিদা চঙপ্রে।" অদুগা পরমাত্মানা লৈশেম্লবা তুংদা অম্সুম্না সংকল্প তৌই— "অনেন জীবে-নাত্মনাঽনুপ্রবিশ্য নামরূপে ব্যাকরবাণি" (ছা উ ৬।৩।২)— জীবাত্মাসিগী মশক লৌদুনা ঐনা হকচাংসিদা চংলগা পোং পুম্নমক্কী মিং অমসুং মওং মশকপু শন্দোক্কে।" "সর্ব্বব্যাপী সর্ব্বভূতানাং হৃদয়ে সন্নিবিষ্ট" (শা উ ৩।১)— "মকম পুম্নমক শিনথুংনা পরমাত্মানা থরায় পানবা পুম্নমক্কী থম্মোয়দা চঙপ্রে। অদুগা— "বেদৈশ্চ সর্বৈরহমেব বেদ্যো বেদান্তকৃদ্বে-দবিদেব চাহম্" (কৈ উ ১।২২)— মসিবুদি ভগবান্না গীতাগী মমুংসিমক্তদা হায়রি।

মরম অসিনা শ্রীভগবান নত্তনা জীবসি অতোপ্পা অমা নত্তে সুপ্পা চফুদা লাকপা (চঙদুনা লৈবা) আকাশগী মতৌগুম্না অন্ত করণ উপাধিদ, ভগবান্না লাকপদা তোপ্পা উবগুম তৌবনি হায়বসি নী থিনা খঙনবা হোংনগদবনি। মহুতদা শিন্নবা মতুংদা ইবু ছো মঙোন্দা তিন্দূনা মোক্ষ ফংবা ঙমগনি ॥ ১৫ ॥

মত্তৌ অম্সুম্না থরায় পানবা পুম্নমক্ক মশামক চঙদুনা লৈ হায়বসি তাক্লগা হৌজিক মাগী উপাধি ওইনা লৈরিবা অচেতন তাইবংপান অমসুং প্রকৃতি ওইবী মাযাদগী মশাবু অতোপ্পা অমনি হায়বসিবু শ্লোক অহুম্না অম্সুম্না তাক্লি—

দ্বাবিমৌ পুরুষৌ লোকে ক্ষরশ্চাক্ষর এব চ।
ক্ষর সর্ব্বাণি ভূতানি কুটস্থোঽক্ষর উচ্যতে ॥ ১৬ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — লোকে=তাইবংপানসিদা নত্রগা সংসারগী চংনবীদা ক্ষর চ—মাংখিগদবা অক্ষর এব চ=অদুগা মাংবা তৌদনা লৈগদবা (মাংলোইদবা) ইমৌ দ্বৌ পুরুষৌ—পুরুষ অনীসি লৈ অনী অসিগী মমুংদা—ক্ষর =মাংখিগদবা পুরুষদি সর্ব্বানি ভূতানি=পৃথিবীদগী হৌদুনা মহত্তত্ত্ব ফাওবা থবক ওইনা লৈবা অচেতন তাইবংপানসিনি, অদুগা অক্ষর =মাংদনা লৈবা পুরুষদি, ? উচ্যতে=মাংগদবা অমসুং থবক ওইনা লৈবা অচেতন তাইবংপানসিগী মমুংদা মচাক ওইনা লৈবা মরম্নি অম্সুম্না হায়নৈ ॥ ১৬ ॥

অপুনবা অর্থ ০— সংসার অসিদা মাংগদবা অমসুং মাংলোইদবা পুরুষ অনীসি লৈ,— মাংগদবা পুরুষদি পৃথিবীদগী হৌদুনা মহৎতত্ত্ব ফাওবা থবক ওইনা লৈবা অচেতন তাইবংপানসিনি অদুগা মাংদনা লৈবা পুরুষদি—মাংগদবা অমসুং থবক ওইবা অচেতন তাইবংপানসিগী মমুংদা মচাক ওইনা লৈবা মরমনি (কারণনি) অম্সুম্না হায়নৈ ॥ ১৬ ॥

অথুপ্পা বা

মায়া শক্তিগী মশক ওইবী প্রকৃতিদগী থায়দগী অহানবদা পোকপা মহৎতত্ত্বদগী হৌদুনা পৃথিবী ফাওবা অচেতন ওইবা তাইবংপান অসি মাংগদবা ওাক্ক ওইবা মরম্না "ক্ষর পুরুষ"—

(মাঙগদবা পুরুষ) অমুম্না হায়রৈ। অদুগা মহৎতত্ত্বদগী পৃথিবী ফাওবা থবক ওইনা লৈরিবা তাইবঙপানসিগী মচাক (উপাদান কারণ) মায়াশক্তি ওইবী প্রকৃতি মাংবা লৈতবা লৈবা মরমদগী "অক্ষর পুরুষ" (মাঙদবা পুরুষ) অমুম্না খঙনৈ। খুদমদি পৃথিবীনা মচাক ওইদুনা পোকপা অমসুং, শাবা উবা, চকুনচিংবা পুম্নমকসি মাঙগদবা ওইবদগী মথোয়না মাংবা মতমদা পৃথিবীদা অমুক হন্না তিল্লী, অদুগা পৃথিবীদি মাঙদনা অদুম লৈ মতৌ অদুম্না মহৎতত্ত্বদগী পৃথিবী ফাওবা অচেতন তাইবঙপানসি থবক ওইবা মরম্না মাঙগদবা ওইবদগী মাংবা মতমদা মথোয়গী মচাক ঈশ্বরগী মহাশক্তি ওইবী প্রকৃতি মায়াদা তিল্লী, অদুগা প্রকৃতি ওইবী মায়াদি মাঙদনা অদুম লৈ। মরম অসিনা মফম অসিদা (গীতাদা) মাঙগদবা তাইবঙবু "ক্ষরপুরুষ" অমসুং মাঙ-লোইদবা প্রকৃতি মায়াবু "অক্ষর পুরুষ" হায়রবনি। মথোয় অনীসি পুরুষনক মত্রবসু পুরুষ ওইবা (পুম্নমক শীরথুংবা লৈবা) পরমাত্মাগী উপাধি ওইনা লৈবা মরমদগী পুরুস হায়না কৌবনি। ঈশ্বরগী উপাধি প্রকৃতি ওইবী মায়া শক্তিবু "অক্ষর নি হায়রবসি শ্রুতিনা অমুম্না তাক্লি—

দিব্যো হ্যমূর্ত্ত. পুরুষঃ সবাহ্যাভ্যন্তরো হ্যজ

অপ্রাণো হ্যমনাঃ শুভ্রো হ্যক্ষরাৎপরতঃ পর.॥

(মু উ ২।১।২)

"মওং লৈতবা পুরুষ (শীরথুংবা অমথক্ত ওইনা লৈবা আত্মা) অসি মশা মতোমদা ভাম্দুনা লৈবনি তাইবঙপানসিগী নুংপান থন্না লৈবনি পোকপা নাইদবনি প্রাণ (থবায়) লৈতবনি, মন (পুক্নীং) লৈতবনি, য়াম্না শেংবা হায়বদি উপাধি য়াওদনা লৈবনি, মরম অসিনা তাইবঙ ওইবা থবক পুম্নমক্তগী থোইনা হেন্না লৈবা অক্ষর (মাঙবা লৈতবা) প্রকৃতি মায়া শক্তিদগী অতোপ্পা অমা ওইনা থোইনা হেন্না ফবা আত্মানি।"

অদুগা কুটস্থগী অর্থদি—কুট=থবক ওইনা লৈবা মপৈ (তাইবঙপান) মদুগী মনুংদা স্থ= লৈবা (শানবা মচাক ওইনা লৈবা) হায়রবনি। মরম অসিনা অচেতন তাইবঙপানগী মশক ওইবা থবক্ত ঈশ্বরগী শক্তি ওইবী মায়াবু "কুটস্থ অক্ষর পুরুষ" হায়রবনি।১৬॥

ক্ষর (মাঙগদবা) পুরুষ অমসুং অক্ষর (মাঙলোইদবা) পুরুষ অনী অসিদগী তোপ্পা চেতন ওইবা, অমসুং উপাধিগী মশক ওইবা মথোয় অনীসি য়াওদবা অশেংবা অথোইবা আত্মাগী মশক পুরুষবু অমুম্না তাক্লি—

উত্তমঃ পুরুষস্ত্বন্যঃ পরমাত্মেত্যুদাহৃতঃ।

যো লোকত্রয়মাবিশ্য বিভর্ত্ত্যব্যয় ঈশ্বর.।১৭॥

অন্বয ব্যাখ্যা ঃ— অন্য তু — মথক্তা হায়খ্রিবা ক্ষর পুরুষ অমসু, অক্ষর পুরুষ অনীসিদগী তোপ্পা, উত্তমপুরুষ — খ্বায়দগী হেন্না থোইবা পরুষ ( পুম্নমক্ত শীনথু বা লৈবা আত্মা ), পরমাত্মা ইতি উদাহৃত — পরমাত্মানি ( অথোইবা আত্মানি ) অসুম্না হায় অব্যয় = মাঙ তাকপা লৈতবা, ঈশ্বর = পুম্নমক্কী মপু ওইবা, য = মহাক অহুমা লোকত্রয়ম — পৃথিবী লোক অন্তরিক্ষ লোক অমসু, স্বর্গলোক অহুমসিদা আবিশ্য = সত্তা পীরনবগী মশক ওইনা ( লৈ হায়বা খঙহন্নবগী মশক ওইনা ) চঙলগা বিভর্ত্তি — ঙাক শেন্দুনা লৈ ॥ ১৭ ॥

অপুনবা অর্থ ঃ— ক্ষর পুরুষ অমসু, অক্ষর পুরুষ অনী অসিদগী তোপ্পা খ্বায়দগী হেন্না থোইবা পুরুষ ( শীনথু বা লৈবা আত্মা ) অসিবু পরমাত্মানি অসুম্না হায়, মাঙ তাকপা লৈতবা অমসু, পুম্নমক্কী মপু ওইবা মহাক অহুমা লোক অহুমসিদা চঙহনা ঙাক-শেন্দুনা লৈ ॥ ১৭ ॥

অথুপ্পা বা

থবক ওইবা লৈবা তাইবঙপানগী মশক ওইবা ক্ষর পুরুষ অমসু, ক্ষর পুরুষ অসিগী মচাক ওইবা মতুগী মনু দা লৈবা মায়াশক্তিগী মশক ওইবী প্রকৃতি ওইবা অক্ষর পুরুষ অনী সিদগী তোপ্পা খ্বায়দগী অথোইবা আত্মাবু মফম অসিদা "উত্তম পুরুষ" অসুম হায়না পরমাত্মাবু তাক্লি। শে বদা মহাক নত্তবা তাইবঙপানসিদা অতোপ্পা অমা লৈতে। মহাকী পুম্নমক তৌবা ঙম্বী অমসু, হায়ঙমদবী মায়া শক্তিনা মরম ওইহনা তাইবঙসি মথোন্দা উরিবনি অমসু, মহাকী সত্তানা ( লৈবহনা ) তাইবঙপান সি লৈ হায়না খঙনবনি অশেংবদদি তাইবঙসিদা সত্তা ( লৈ হায়বা ধর্ম্ম ) তোঙানা লৈতে। মসিদি থৌরী মকক্কী সত্তানা লিল লৈ হায়না খঙনবগুম্বনি, তশেংবদি লিল লৈতে। মতৌ অসুম্না আত্মা নত্তবা অতোপ্পা পোং অমা লৈতবা মরমদগী আত্মা-সিদবু খ্বায়দগী অথোইবা পম্বু ফম্নি হায়না শ্রুতিনা তাক্লি—

> ইন্দ্রিযেভ্যঃ পবা হ্যর্থা অর্থেভ্যশ্চ পবং মনঃ।
> মনসস্তু পবাবুদ্ধির্বুদ্ধেবাত্মা মহান্ পব ॥
> মহতঃ পবমব্যক্ত মব্যক্তাৎ পুরুষ পব ।
> পুরুষান্ন পবং কিঞ্চিৎ সা কাষ্ঠা সা পবাগতি ॥
> (কঠ উ ১।৩।১ ১১)

"ইন্দ্রিয়শিংদগী মথোয়গী বিষয় রূপনচিংবনা অথোইবনি, বিষয়শিংদগী মন ( পুক্নীং ) অথোইবনি, মনদগী বুদ্ধি অথোইবনি, বুদ্ধিদগী মহৎতত্ত্ব ওইবা আত্মা অথোইবনি, মহৎতত্ত্বসিদগী

কোঙদোক্লবা থূপ্লা লৈবী মায়াগী মশক ওইবী প্রকৃতি অথোইববি, প্রকৃতিসিদগী পুরুষ (শীর থুংবা লৈবা আত্মা) অথোইববি পুরুষ অসিদগী অথোইবা অতোপ্পা পোৎ অমত্তা লৈতে, মহাক অথোইবগী ওমথৈখি অমস্তু, অথোইবা পম্ব ংফম্বি।"

মরম অসিনা শ্রীভগবান্না অসিগুম্বা মশাগী মশক ওইবা আত্মাসিবু উত্তমপুরুষনি হায়না তাকপনি ॥ ১৭ ॥

সংসার পূম্নমক আত্মা ওইনা শীনংংবা লৈবা ইবু ঙে মহাকপু (শ্রীকৃষ্ণবু) পুরুষোত্তম কৌবগী মরম অস্থুম্না তাক্লি—

যস্মাৎ ক্ষরমতীতোঽহমক্ষরাদপি চোত্তম।
অতোঽস্মি লোকে বেদে চ প্রথিত পুরুষোত্তম ॥ ১৮ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — যস্মাৎ=মসিগী মরমদি, অহম—পরমাত্মা পরমেশ্বর ওইবা কৃষ্ণ ঐসি ক্ষর, অতীত – মাঙগদবা তাইবঙপানগী মশক ওইবা ক্ষরপুরুষসিবু লাম্থোক্লে চ=অদুগা অক্ষরাৎ অপি উত্তম –তাইবঙপানগী মচাক ওইদুনা মাঙবা তৌদনা লৈবা অক্ষর পুরুষতগীসু অথোইববি অত =মরম অসিদগী, লোকে বেদে চ=লোকতা (ইতিহাস পুরাণমচি বা শাস্ত্রদা) অমসু বেদদা পুরুষোত্তম (ইতি) প্রথিত অস্মি=পরুষোত্তম (পুরুষশিংগী মনুদা থ্বায়দগী অথোইবা) অস্থুম্না কাওরিববি ॥ ১৮ ॥

অপুনবা অর্থ ঃ— পুরুষোত্তম কৌবগী মরমদি অসিনি—পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐসি মাঙগদবা তাইবঙপানসিগী মশক ওইবা ক্ষরপুরুষসিবু লাম্থোক্লে অদুগা তাইবংগী মচাক ওইদুনা মাঙদনা লৈবা অক্ষরপুরুষতগীসু অথোইববি। মরম অসিদগী লোক অমসুং বেদদা পুরুষোত্তম অস্থুম্না কাওরিববি ॥ ১৮ ॥

অপূপ্পা বা

শ্রীভগবানগী পুরুষোত্তম হায়বা লোক অমসুং বেদদা কাওবসিগী মরমদা শ্রীমধুসূদন স্বামীনা মসিগী ব্যাখ্যাদা অস্থুম্না ইরি— "পুরুষোত্তমস্য নারায়ণস্য মহিমা নহিমানমর্ত্তি" (পুরাণ) "ভগবান পুরুষোত্তম নারায়ণগী মহিমা (মতীক মগুণ) চাংদম্নীংতাই লৈতে।" "স উত্তম পুরুষঃ" (বেদ) – "মহাক (পরমেশ্বর) থ্বায়দগী অথোইবা পুরুষনি (পুরুষোত্তমনি)।" মতৌ অস্থুম্না অতোপ্পা প্রকৃতিশিংদগী পরমাত্মাবু থ্বায়দগী অথোইবনি অমসুং পূম্নমকী আত্মানি হায়রি— "স

বা অয়মাত্মা" (বৃ উ ২।৫।৫) "পরমেশ্বর অহ্ লেপ্পমক আত্মা অসিনি।" "সর্ব্বস্য বশী সর্ব্বস্যেশানঃ সর্ব্বস্যাধিপতিঃ" (বৃ উ ৪।৪।২২)— "পরমাত্মা পুম্নমকপু খুত্থম চন্দুনা থম্বনি পুম্নমকী শাসন তৌবনি পুম্নমক্কী মপু ওইবনি।" অসিনচিংবা পরমাত্মাবু খায়দগী অথোইবা ওইবা পুরুষোত্তমনি হায়বসি তাক্লি। ১৮।

হৌজিক আত্মতত্ত্বগী মশক ওইবা পুরুষোত্তমবু খঙবা মীহু পুম্নমকপু খঙবনি অসুম্না হায়রি—

যো মামেবমসম্মূঢ়ো জানাতি পুরুষোত্তমম্।
স সর্ব্ববিদ ভজতি মাং সর্ব্বভাবেন ভাবত॥ ১৯॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা**:— ভারত=ভরত নিংথৌগী শাগৈদা পোকপা হে অর্জ্জুন! য =মী অহুনা, অসম্মূঢ =কৃষ্ণসি ঐখোয়গুম্না অচম্না মী অমনি হায়না শুমহৎপা নৈতনা মাম এবং পুরুযো ত্তমম =মতৌ অসিগুম্না (মথক্তা হায়খিবা অহুগুম্না) পুরুষোত্তম কৃষ্ণ ঐবু জানাতি=পুম্নমক্কী আত্মা ওইনা খঙই, স সর্ব্ববিৎ—মহাক পুম্নমকপু খঙবা ওইহুনা, মাং সর্ব্বভাবেন ভজতি=মওঙ পুম্নমক্ত কৃষ্ণ ঐবু নীংগ ওই॥ ১৯॥

**অপুনবা অর্থ**:— ভরতকী শাগৈদা পোকপা হে অর্জ্জুন! মী অহুনা কৃষ্ণ ঐসিবু অচম্না মী অমনি হায়না শুমহৎপা নৈতনা মথক্ত হায়খিবা অহুগুম্না পুরুষোত্তম কৃষ্ণ ঐবু পুম্নমক্কী আত্মা ওইনা খঙই অহুগুম্না মহাক পুম্নমকপু অখঙবা ওইহুনা মওঙ পুম্নমক্ত কৃষ্ণ ঐবু নীংবা ওই॥১৯॥

হৌজিক মথক্তা হায়খিবা তত্ত্বজ্ঞানসিবু থাগত্নবা অধ্যায় অসিবু অসুম্না লোইশিল্লি—

ইতি গুহ্যতমং শাস্ত্রমিদমুক্তং ময়ানঘ।
এতদ্ বুদ্ধা বুদ্ধিমান্ স্যাৎকৃতকৃত্যশ্চ ভাবত॥ ২ ॥

ইতি শ্রীমদ্ভগবদ্গীতাসূপনিষৎসু ব্রহ্মবিদ্যায়াং যোগশাস্ত্রে শ্রীকৃষ্ণার্জ্জুন
সংবাদে পুরুষোত্তম যোগোনাম পঞ্চদশোঽধ্যায॥ ১৫॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা**:— অনঘ=পাপ নৈতবা হে অর্জ্জুন! ইতি=মতৌ অসুম্না, গুহ্যতমম ইদং শাস্ত্রম=খায়বগী হেন্না য়াম্না থুপ্পবা শাস্ত্রসিবু (১৫ শুবা অধ্যায়গী হীরমসিবু) ময়া উক্তম= =ঐনা হায়রে ভারত=ভরত নিংথৌগী শাগৈদা পোকপা হে ধনঞ্জয়! (জন) এতৎবুদ্ধা— মীহুনা মসিবু খঙলগা, বুদ্ধিমান্=লৌশিং শিংবা (আত্মজ্ঞান নৈবা), চ—অমসুং, কৃতকৃত্য স্যাৎ=তৌগদববু তৌরবা ওই॥ ২ ॥

অপুনবা অর্থ :— পাপ নৈতবা হে অর্জুন। মতৌ অসুম্না খায়দগী হেন্না থুপ্পবা শাস্ত্রসিবু (১৫ শুবা অধ্যায়সিবু) ঐনা মঙোন্দা হায়রে। ভরতকী শাগেদা পোকপা হে ধনঞ্জয়! মীয়ুনা মসিবু খঙলগা আত্মজ্ঞান লৈবা অমসুং তৌগদববু তৌরবা ওই।২০।

মতৌ অসুম্না শ্রীভগবান্না শকপা উপনিষৎশিংদা ব্রহ্মবিদ্যাগী মশক ওইবা
যোগশাস্ত্রগী মমুংদা অর্জুন অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী ৱাহং পাউথুম ওইবা
চাউরবদা "পুরুষোত্তম যোগ" কৌবা তরামঙাশুবা অধ্যায়গী
স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিনা হৈবা অধুপ্পা ৱাগা
লোয়নবা অন্বয় ব্যাখ্যা লোইরে।১৫।

॥ হরি ও তৎসৎ ॥

— ঔ —



# শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতা

(অথ ষোড়শোঽধ্যায়ঃ)

## তরাতরুকশুবা অধ্যায়

তরাতরুকশুবা অধ্যায় অসিগী মমিং, "দৈবাসুরসম্পদ্বিভাগ যোগ" নি। মসিদা দৈবী সম্পৎ (দৈবভাবপু ফংনবা লল) অমসুং আসুরী সম্পৎ হিংচা য়াইথবগী লমচৎ ফংনবা লল) অনীসি খায়দোক্নুবা তাকনি। অমমোমদা হায়রগা দৈবী সম্পৎ মোক্ষ ফংনবা সাধননি (মরম্নি) অদুগা আসুরী সম্পৎ সংসারদা চংনবা (পোক্ল শিন্না তৌনবা) সাধননি (মরম্নি)। মরম অসিনা সংসার ফংনবা মরম আসুরী সম্পৎবু থাদোক্লগা মোক্ষ ফংনবা মরম দৈবী সম্পৎবু ভামশিন্নবা হোৎনগদবনি হায়বসি থউহন্নবগীদমক অহানবদা শ্রীভগবান্না দৈবী সম্পৎপু শ্লোক অহুমদা হায়রি —

শ্রীভগবানুবাচ।

অভয়ং সত্ত্বসংশুদ্ধির্জ্ঞান যোগ ব্যবস্থিতিঃ।

দানং দমশ্চ যজ্ঞশ্চ স্বাধ্যায়স্তপ আর্জবম। ১।

অন্বয় ব্যাখ্যাঃ— শ্রীভগবান উবাচ=শ্রীভগবান্না হায়রিবিথি (তাকপিথি)— অভয়ং—কিদবা সত্ত্বসংশুদ্ধি—অন্ত করণবু (পুক্নীংবু) শেংনা থম্বা, জ্ঞানযোগব্যবস্থিতি=আত্মজ্ঞান অমসুং মসিগী সাধন পুক্নীং ঙাক্তিনবগী মশক ওইবা যোগ অনীসিদা লেংদনা লৈবা দানং=অফবা থবকীদমক ওমজবা থম্না কংপা, দম চ—মীৎ, নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশিন্দুনা থম্বা, যজ্ঞ চ= শ্রুতি স্মৃতিদা তৌ তাকপা যজ্ঞনচিংবা থবক তৌহুনা লৈবা, স্বাধ্যায়—নিয়ম নাইনা গীতানচিংবা ধর্ম্মগী লাইরিকশিং, পাঠ তৌহুনা লৈবা, তপ—হকচাংবু 'লাকশিন্নবা চরাহেননবনচিংবা ব্রত তৌবা, আর্জবম—পুক্নীং খোয়দনা তিংনা থম্বা॥ ১॥

**অপুনবা অর্থ**:— শ্রীভগবান্না হায়বিখি — কিদবা, পুক্নীং শেংনা থম্বা, আত্মজ্ঞান অমসুং মহুগী সাধন পুক্নীং ফাজিনবগী মশক ওইবা যোগ অমীসি তৌবদা লেপ্তনা লৈবা, অফবা থবক্তীদমক অংম্বা কংপা ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশিন্দুনা থম্ব', শাস্ত্রনা তাকপা যজ্ঞনচিংবা থবক তৌবা গীতানচিং গী পাঠ তৌবা চন্না হেন্নবমচিংবা ব্রত তৌবা অমসু পুক্নীং খোয়দনা তিংনা থম্বা।১॥

অথুপ্পা ৫।

(১) কিদবসি সুপ্ন শা মচিংবা য়েক্লবশিংগীদমক্তা মস্তে, শাস্ত্রনা তৌ হায়না তাকপা থবক শিংদা চিংনবা লৈতনা চঙশিনবা অমসুং ঈশ্বরনা ভক্তশি লেপ্তুনা থবক পুম্নমকপু ইবুংঙো মাগীদমক্তি লেপ্তুনা তৌথোকপা অসিন চিংবা পুম্নমকপু অকিবা লৈতবগী মনুংদা লোৗগদবনি অহুগা মশামক্ত দগীসু অতোপ্পগী অকিবা লৈতবগী দান (অভয়দান) পীগদবনি। (২) পুক্নীংবু শেংনা থম্নবগীদমক মীনম্বা, নমথাক তৌবা চুমদবা ভাংবা অমসুং ফত্তবা লমচৎ চৎপা অসিনচিংবা থাদোকদবনি। (৩) মশাবু খংনবগীদমক আত্মজ্ঞান ফংনবা হোৎনবদা অখংবা গুরুগী নাক্তা চত্তুনা হংবা অমসুং তাইবংগী পোৎশিংদা চোইহুনা লৈবা পোৎশিংদগী পুক্নীংবু ফাজিন্নবা হোৎনগদবনি। (৪) ধর্ম্ম কায়দনা হায়বদি নমথাক তৌদনা তাল্লুবা শেনগী শক্তগী অংম্বা থন্না লোৗথোক্নুনা অফবা থবক্তীদমক কথোক্তদবনি। (৫) মীৎ নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শি বু য়ে কৈদবা তাহৈদবনচিংবা বিষয় শিংদগী য়াম্না থাপ্না থম্নবা হোৎনগদবনি। (৬) বেদ অমসুং স্মৃতি শাস্ত্রনা তাকপা অফবা যজ্ঞনচিংবা থবকশিংবু পাংথোক্নবা হোৎনগদবনি। (৭) শ্রীকৃ মায়থঙবগা নুমিৎ খুদিংগী লাই খুন্নম্বা মতমদা নিয়ম নাইনা গোপালসহস্রনাম গীতানচিংবগী পাঠ শোয়দনা তৌগদবনি। (৮) একাদশী পুর্ণিমানচিংবা নুমিত্তা পুক্নী শেংনবা চন্না হেন্নবনচিংবা তপ (ব্রত) তৌগদবনি। (৯) মতম পুম্নমক্তা পুকচেল তিংনা লৈননবা হোৎনগদবনি। মনুং দা অমা থন্নগা মপান্দা অতোপ্পা অমা ভাঙবা তৌবনচিংবা অখোয়বা লমচৎ কদৌৈতেদসু চ লোইদবনি। মতৌ অসিগুম্বা মখোয়শিং অসি দৈবী সম্পৎকী মনুং চনবা ভাক্তনি।

অহিংসা সত্যমক্রোধস্ত্যাগঃ শান্তিরপৈশুনম্।
দয়া ভূতেষ লোলুপ্ত্বং মার্দবং হ্রীরচাপলম্॥ ২ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা**:— অহিংসা=কনাগুম্বা থরায়পানবা অমত্তবু অন্নাবা পীদবা, সত্যম=সুংশিবা অমসুং অচুম্বা ভাংবা, অক্রোধ=অতোপ্পা মীনা মাগী মফমদা অন্নানবা তৌরবসু শাউদবা, ত্যাগ=অপাম মিহো থাদোকপা, শান্তী—পুক্নীং কাজিন্দুনা তপ্না লৈবা, অপৈশুনম—অতোপ্পগী দোষ য়েংহনা নিন্দা তৌহনা ভাংবা থাদোকপা, ভূতেষু দয়া—থরায়পানবা পুম্নমকী মফমদা থৌজাল হৈবা, অলোলুপ্ত্বং=কন্নিগুম্বা পোৎ অমদা মিহোদবা, মার্দবং—থোংনা মৌনা ভাঙনা, হ্রী—ইকাইবা অচাপলম—লেঙ-লেঙ চত্তুনা লৈতবা ॥ ২ ॥

**অপুনবা অর্থ:—** থরায় পানবা (জীব) অমত্তবু অরাবা পীদবা, মুংশিবা অমসুং অচুম্বা ঙাঙবা, শাউদবা, অপাম মিৎচৌ থাদোকপা পূক্নী ফাজিন্দুনা ত্তপ্পা লৈবা, অতোপ্পগী দোষ য়েংদুনা ঙাঙবা থ দোকপা, থরায় পানবশিং গী (জীবশিংগী) মফমদা থৌজাল হৈবা, করিগুম্বা পোৎ অমবু মিৎহৌদবা, থোংনমোংবা ঙাঙবা, ঈকাইবা অমসুং লেঙবা লৈতবা॥ ২॥

অথুপ্পা ৫।

(১০) হকচাং অমসুং রাইহনা ফু চৈদুনা অমসুং মনবা (পূক্নীংবা) ফত্তবা খন্দুনা করা গুম্বা অমত্তবু অরাবা পীদবসি অহিংসানি। (১১) চুম্নবসু মুংশিদবা ঙাঙ শক্তখা অমসুং অচুম্বা মুংশিবত্তমক ঙাঙবা সত্যানি। (১২) অতোপ্পনা মাগী মফমদা অরাবনা তৌরবসু মহ ঙাক্লবা হোৎনদুনা শাউবা তৌদবসি অক্রোধনি। (১৩) সংসারগী পোৎশিংদা য়াম্না পূক্নী চংশিনবা থাদোকপা ত্যাগনি। (১৪) শান্তি =পূক্নী ফাজিন্দুনা ত্তপ্পা লৈবা শান্তিনি। (১৫) করা গুম্বা মী অমগী দোষ লৌদুনা মাগী মতুংদা মরা ঙাঙবসি পৈশুননি মসি লৈতবা অপৈশুননি। (১৬) অরাবদা তাদুনা লৈরবা করাগুম্বা থরায় পানবা (জীব) অমগী মফমদা মাগী অরাবদু কোক্লবা থৌজাল তৌবসি দয়ানি। (১৭) অতোপ্পগী করিগুম্বা পোৎ অমদা মিৎহৌদনা মাগী লৈজবা অদুনা পেঙ্গবা অলোলুপ্ত্বনি। (১৮) রাঙাঙ শাঙাংদা য়াম্না থোংমোংনা ঙাঙবসি মার্দবনি। (১৯) তৌহৈদবা থবকুচি বা তৌবদা মীনা করি হায়খিগনি খন্দুনা তৌদবসি ঈকায়বনি। (২০) কান্নবগী রাখন খন্দবা করিগুম্বা থবক অমদা হাথু হাথুনা হেক্ত চংশিনবসি লেঙনা লৈবা চাপলনি, মসি লৈতবসি অচাপল্যনি।

তেজঃ ক্ষমাধৃতি শৌচমদ্রোহো নাতিমানিতা।
ভবন্তি সম্পদং দৈবীমভিজাতস্য ভারত॥ ৩॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা:—** তেজ =তৌবা ঙম্বা শক্তি ক্ষমা=ঙাকপিহৈবা ধৃতি =অথাঙ কনবা শৌচম =হকচাং অমসু পূক্নী (মু পাল) শেংবা থম্বা অদ্রোহ =করা অমত্তগা লোয়নবা য়েক্লদবা, ন অভিমানিতা=মশাবু য়াম্না চাউনা খন্দুনা নাপল তৌদবা, মসি পুম্নমকসি— ভারত= ভরত শাগৈদা পোকপা হে অর্জুন। দৈবীং সম্পদং=দেব ভাবপু ফংনবা মরম ওইবা ললবু অভিজাতস্য—পুদুনা লাক্লগা পোকপা মীগী ভবন্তি=ওই।৩।

**অপুনবা অর্থ:—** তৌবা ঙম্বা শক্তি ঙাকপিহৈবা, অথাঙ কনবা হকচাং অমসুং পূক্নী শেংবা থম্বা, করা অমত্তগা লোয়নবা য়েংখিবদবা অমসুং মশাবু য়াম্না চাউবনি খন্দুনা নাপল তৌদবা, মসি পুম্নমকসি দৈবী সম্পৎপু পুদুনা লাক্লগা পোকপা মীগী ওই॥ ৩॥

## অথূপ্পা বা

(২১) মুপী মহা মচিংবগী মথা পোন্দনা মখোয়গী মথক্তা তৌবা ঙম্বা ওইবা লৈবসি তেজনি। মহ ওইরবস্থ অন্যায় (নত্তবা) তৌহুনা লৈরবদি মহ তেজ নত্তে, ফত্তবা হায়রবহুনি। (২২) অতোপ্পবা চৈ থাংহুনা তৌরবস্থ শাউবা তৌদনা লৈথোকপসি ঙাকপিহৈবনি (ক্ষমানি)। (২৩) অরাবা খুদোংথীবা কয়া লাক্লবস্থ মহুদা পাখংপা তৌদনা লৈবসি অথাঙ-কনবনি (ধৃতিনি)। (২৪) হকচাংবু ঈশিং লৈবাক্লচিংবনা ঈরুজথোক্তুনা শেংনা থম্বা অমস্থং পুক্লীংবুনা লাই নীংব মচিংবা তৌহুনা অফবা বাখল থম্বসি শৌচনি। (২৫) কনাগুম্বা অমগা লোয়ননা য়েংথিনদবসি অদ্রোহনি। (২৬) মশাবু লৌশিংবনি অমস্থং অচৌবা মীনি খন্দুনা নাপল শূক্তৌ তৌদনা য়াম্না নোল্লুক্না লৈবসি অভিমানিতা (অভিমান) লৈতবনি। মতৌ অস্থুম্না মথক্তা হায়রিবা গুণগী মশক ওইবা কুনত্তরুক অসি দৈবী সম্পংনি (দেব ভাব ফংবা ঙম্বা লনগী মশক্তি)। মরম অসিনা মশাগী য়াইফবা পাম্বা মীশিংনা মখোয়সিবু মশাগী লমচং ওইবা থম্নবা মতম পূম্নমক্ত কন্না হোংনহুনা লৈগদবনি ॥ ৩ ॥

মতৌ অস্থুম্না দেবী সম্পংপু লৌননবা তাক্লগা হৌজিক আসুরী সম্পংপু থাদোক্লবা মখোয়গী মশক অস্থুম্না তাক্লি—

দম্ভো দর্পোঽভিমানশ্চ ক্রোধ পাৰুষ্যমেব চ।
অজ্ঞানং চাভি জাতস্য পার্থ সম্পদমাসুরীম্ ॥ ৪ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — পার্থ= পৃথাগী মচা হে অর্জ্জুন! আসুরীং সম্পদং=হি চা য়াইতম্ব ওইনবগী মরম ওইবা লমচংপু, অভিজাতস্য—পুহুনা লাক্লগা পোকপা মীগী, দম্ভ =মশাদা করিগুম্ব গুণ অমত্ত লৈত্রবস্থ গুণ লৈবনি খন্দুনা চাউথোক্লা লৈবা দর্প =লল থুম লৈবনি অমস্থ শাংে নাতৈ চাউবনি খন্দুনা নাপল তৌবা অভিমান —মশাবু য়াম্না মতীক চাবনি খন্দুনা চাউথোকপ ক্রোধ —মশাগী অমস্থং অতোপ্পগী মাঙননবগী মশক ওইবা অশাউবা পারুষ্যম এব চ— করিমত্ত মুংশিহৈতবা অজ্ঞানং চ=তৌফম থোকপনি অমস্থং তৌফম থোক্তবনি খঙদবগী মশ ওইবা অজ্ঞান মসি পূম্নমক ওই ॥ ৪ ॥

অপুনবা অর্থ — পৃথা (কুন্তীগী) মচা হে অর্জ্জুন! আসুরী সম্পংপু পুহুনা লাক্ল পোকপা মীগীদি মশাবু গুণ লৈবনি খন্দুনা চাউথোক্লা লৈবা; লল থুম লৈবনি হায়হুনা নাপ তৌবা, মশাবু মতীক চাবনি খন্দুনা ঈকায়খুম্নকম্নি হায়না থজবা, শাউগদবা, মুংশিহৈত অহুগা তৌফম থোকই অমস্থং থোক্তে খঙদবগী মশক ওইবা অজ্ঞান মসি পূম্নমক ওই ॥ ৪

হৌজিক দৈবী সম্পৎ অমসু, আসুরী সম্পৎ অনীগী মহৈবু অসুম্না তাক্লি—

দৈবী সম্পদ্বিমোক্ষায় নিবন্ধায়াসুরী মতা।
মা শুচ সম্পদং দৈবী মভিজাতোঽসি পাণ্ডব॥ ৫ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — দৈবী সম্পৎ=দেবভাবপু ফংনবা লনগী মশক শুইবা মথক্তো হায়খিবা গুণ কুরুতরুককসি বিমোক্ষায়=মোক্ষ ফংনবগী মরম্নি (কারণনি), অহুগা— আসুরী=হিচা য়াইতম্বগী লমচং— মাপল তৌবা চাউখোকপ নচিংবসিদি নিবন্ধায়=সংসারদা পুন্দুনা লৈনবগী মরম্নি, মতা=অসুম্না খঙৈ পাণ্ডব=পাণ্ডুগী মচা হে অর্জুন। দৈবী সম্পদং অভিজাত অসি =নহাক্তি দৈবী সম্পৎ পুহুনা লাক্লগা পোকপনি, মা শুচ—মরম অসিনা করিমত্ত নুংশা থীগনু ॥ ৫ ॥

অপূনবা অর্থ ঃ— দৈবী সম্পৎ অসি মোক্ষ ফংনবগী মরম্নি অহুগা আসুরী সম্পৎ সংসারদা পুন্দুনা লৈননবা মরম্নি অসুম্না খঙৈ। পাণ্ডুগী মচা হে অর্জুন! নহাক্তি দৈবী সম্পং পুহুনা লাক্লগা পোকপনি নুংশা থীগনু ॥ ৫ ॥

মশাগী য়াইফবা পাম্বা মীশিংনা আসুরী সম্পৎসিবু থাদোক্লবা হোৎনগদবনি, মরম অসিনা আসুরী সম্প করিনো হায়বহ্ন শুগাইনা তাক্লবগীদমক অসুম্না হায়বা হৌই—

দ্বৌ ভূতসর্গৌ লোকেঽস্মিন্ দৈব আসুর এব চ।
দৈবো বিস্তরশ প্রোক্ত আসুরং পার্থ মে শৃণু। ৬ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— পার্থ=হে অর্জুন! অস্মিন লোকে—তাইবঙপানসিদা, দৈব =দেবতাশিংগী লমচং চংপা আসুর এব চ—অহুগা হিংচা য়াইতম্বগী লমচং চংপা অসুম্না খেন্নবদগী দ্বৌভূত সর্গৌ=মীওইবগী লৈশেম অসি অনীথোক্লা খায়রি মহুদা দৈব—দেবতাশিংগী লমচং চংপা মীগী লৈশেমদি, বিস্তরশ প্রোক্ত =মাপনগুবা অধ্যায়দা য়াম্না শন্দোক্লা (শুগায়না) হায়খ্রে, হৌজিক— আসুর —হিংচা য়াইতম্বগী লমচং চংপা মীগী লৈশেমবু, মে শৃণু=নহাক্ল কৃষ্ণ এঙোন্দগী নাংখিনা তাও ॥ ৬ ॥

অপূনবা অর্থ ঃ— কুন্তীগী মচা হে অর্জুন! তাইবঙপানসিদা দেবতাশিংগী লমচং চংপা অহুগা হিংচা য়াইতম্বগী লমচং চংপা খেন্নবদগী মীওইবগী লৈশেমসি অনীথোক্লা খায়রি, মহুদা দেবতাশিংগী লমচং চংপা মীগী লৈশেমদি মাপনগুবা অধ্যায়দা শন্দোক্লা হায়খ্রে, হৌজিক হিংচা-য়াইতম্বগী লমচং চংপা মীগী লৈশেমবু এঙোন্দগী তাও ॥ ৬॥

থাদোকপদা মতৌক চাবা আসুরী সম্পৎসিবু মতুংগী লমচৎ চৎপা মীশিংগী বিশেষণ ওইনা শ্লোক ১২ দা অসুম্না হায়রি—

প্রবৃত্তিং চ নিবৃত্তিং চ জনা ন বিদুরাসুরাঃ ।
ন শৌচং নাপি চাচারো ন সত্যং তেষুবিদ্যতে ॥ ৭ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — আসুরা জনা = রজোগুণ অমসুং তমোগুণ য়াম্না লৈতুনা হি চ য়াইতম্নগী লমচৎ চৎপা মীশিংনা প্রবৃত্তিং চ — তৌবা হৌনবা ধর্ম্ম নিবৃত্তি চ — অদুগা থাদোকদবা তৌবা হৌদবা ধর্ম্মবু, ন বিদু = করিমত্ত খঙদে তেষু = মখোয়শিংদুদদি ন শৌচং বিদ্যতে = অশেংবা, অমাং অমত্ত লৈতে ন চ আচার অপি ( বিদ্যতে ) = আচার বিচারসু করিমত্ত লৈতে, ন সত্যং ( বিদ্যতে ) = অদুগা অচুম্বা ডাঙবসু লৈতে ॥ ৭ ॥

**অপুনবা অর্থ** — হি চা-য়াইতম্নগী লমচৎ চৎপা মী শি না তৌবা হৌনবা ধর্ম্ম থাদোকদবা —তৌবা হৌদবা ধর্ম্মবু করিমত্ত খঙদে। মখোয়শিং অদুদদি অশেংবা অমা লৈতে আচার বিচার লৈতে অমসুং অচুম্বা ডাঙবসু লৈতে ॥ ৭ ॥

আসুরী সম্পৎ লৈবা মীশিংনা জগৎকী মপু ঈশ্বর লৈ হায়বা য়াদে হায়বসিবু অসুম্না তাক্লি—

অসত্যমপ্রতিষ্ঠং তে জগদাহুরনীশ্বরম্ ।
অপরস্পরসম্ভূতং কিমন্যৎ কামহৈতুকম্ ॥ ৮ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — তে = আসুরী সম্পৎ লৈবা মখোয়না জগৎ = তাইবংসি অসত্যং = সত্যনি হায়না য়াবা বেদ পুরাণনচিংবনা তাক্কুনা সিদ্ধ ওইবা পোৎ নত্তে অপ্রতিষ্ঠং = অরা মুংডাই শীন্নাডবা য়াদবা ধর্ম্ম অমসুং অধর্ম্ম মসিগী ( জগৎকী ) আধার (চংফম) ওই হায়বসু নত্তে অনীশ্বরম = জগৎসিবু ডাকপি শেমবিবা মপু = ঈশ্বর অমা লৈ হায়বসু নত্তে, অপরস্পরসম্ভূতং = কাম বাসনানা ( অপাম মুংশিনা মহৈ মহৈ নীংনবনা ) মরম ওইদুনা নুপা নুপী অমগা অমগা তিন্নবদগী জগৎ ( তাইবং ) অসি চংলক্লিবনি, মরম অসিনা কামহৈতুকম = জগৎকী মরম কাম ( অপাম মুংশি ) মত্তনি অসুম্না— আহু = হায় ॥ ৮ ॥

**অপুনবা অর্থ** — আসুরী সম্পৎ লৈবা মখোয়না জগৎসিবু সত্যনি হায়না য়াবা বেদ পুরাণনচিংবনা তাক্কুনা সিদ্ধ ওইবা পোৎ নত্তে অরা মুংডাই শীন্নাডবা য়াদবা ধর্ম্ম অধর্ম্ম মসিগী ( জগৎকী ) আধার ওই হায়বসু নত্তে, জগৎসিবু ডাকপি শেনবিনবা মপু ঈশ্বর অমা লৈ হায়বসু নত্তে, কাম বাসনানা মরম ওইদুনা নুপা নুপী তিন্নবদগী জগৎসি চংলক্লিবনি, মরম অসিনা জগৎসিগী মরম অপাম মুংশিমত্তনি হায় ॥ ৮ ॥

অসিগুম্বা রাখল থম্বা মীশিংদগী জগৎকী করম্বা দশা ওই হায়রহু হৌজিক অস্তুম্মা তাক্লি—

এতাং দৃষ্টিমবষ্টভ্য নষ্টাত্মানোহল্পবুদ্ধয়ঃ।
প্রভবন্ত্যুগ্রকর্ম্মাণ ক্ষযায জগতোহহিতা ॥ ৯॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—** এতাং দৃষ্টিং অবষ্টভ্য = মথক্ত হায়খ্রিবা রাখলসিবু থমদুনা নষ্টাত্মান = মশাবু মাঙহনজরবা অল্পবুদ্ধয় = বুদ্ধি কবিমন্ত লৈতবা, উগ্রকর্ম্মাণ = অকিবগী মশক ওইবা থবক শিংবু তৌবা, অহিতা = অতুগা জগৎকী করিমত্ত কান্নবা লৈত্রবা মখোয়শিংছু, জগত ক্ষয়ায় = জগৎকী মাঙহনবগীদমক, প্রভবন্তি—পোক্লুবা লৈ ॥ ৯॥

**অপুনবা অর্থ ঃ—** মথক্ত হায়খ্রিবা রাখলসিবু থমদুনা মশাবু মাংহনজরবা রাখল লৈতবা অকিবগী মশক ওইবা থবক তৌব অতুগা জগৎকী করিমত্ত কান্নবা লৈত্রবা মখোয়শিংছু তাইবঙসিগী মাঙহনবগীদমক পোক্লুবা লৈ । ৯ ॥

জগৎকী মাঙহনবগীদমক মখোয়না করি তৌই হায়রহু অস্তুম্মা তাক্লি—

কামমাশ্রিত্য দুষ্পূরং দম্ভমানমদান্বিতা
মোহাদ্ গৃহীত্বাহসদগ্রাহান্ প্রবর্ত্তন্তেহশুচিব্রতাঃ ॥ ১০ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা —** ( তে ) দুষ্পূর কামং আশ্রিত্য—মখোয়শিং অতুনা মপুং ফানা কৈদৌ ঙৈদম্ভু নীবা থুংলরোইদবা কামবু থংনীদুনা, দম্ভমানমদান্বিতা = দম্ভ ( মশামক ধর্ম্ম লৈবা মত্তবা অতুগা ধর্ম্ম লৈবনি থনবা ) মান ( ঈকাই খুম্নকম ওইত্রবম্ভু মীনা ঈকাই খুম্নবনি থন্দুনা চাউ থোকপা ), মদ ( নাপন্না ময়াই কাবা ) অসিনা তিন্দুনা লৈবা অশুচিব্রতা = মিন্দা তৌনফম ওইবা শেংদবা ব্রতশিংবু তৌদুনা লৈবা, মোহাৎ = শাস্ত্রগী মতুংইন্না অক ফত্তগী বিচার শুক্তৌ তৌদনা শুমহত্তনা অসদ গ্রাহানগৃহিত্বা = তৌহৈদবা ফত্তবা রাখলশিংবু লৌরগা, প্রবর্ত্তন্তে = মতু পাঙথোক্লবা চঙশিল্লী ॥ ১০ ॥

**অপুনবা অর্থ —** মখোয়শিং অতুনা কদৌঙৈদম্ভু মপুং ফানা নীংবা থুংলরোইদবা কামবু ( অপাম্নবু ) ফ নীদুনা মশামক ধর্ম্ম লৈতবা ওইরবম্ভু ধর্ম্ম লৈবনি থনবা, ঈকায় খুম্নকম ওইত্রবম্ভু মশাবু ঈকায় খুম্নফম্নি থনবা অমম্ভুং অথোইবা নত্রবম্ভু মশাবু অথোইবা মীনি থজবা চাউথোকপা অসিনচিংবা তিন্দুনা লৈবা মিন্দা তৌনফম ওইবা শেংদবা ব্রতশিংবু তৌরগ শুমহত্তুনা তৌহৈদবা ফত্তবা রাখলশিংবু লৌরগা মতু পাঙথোক্লবা চঙশিল্লী ॥ ১০ ॥

আম্নুরী সম্পৎ লৈবা মীশিংগী লমচংশিংবু অমুক অস্তুম্মা হায়রি—

চিন্তামপরিমেয়াং চ প্রলয়ান্তামুপাশ্রিতাঃ।
কামোপভোগপরমা এতাবদিতি নিশ্চিতাঃ ॥ ১১ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—** প্রলয়ান্তাম = শিরবতদা লোইগদবা অপরিমেয়াং চ চিন্তাম = চাং লেপকম লৈতবা ( ঙমথৈ লৈতবা ) চিন্তাদবু উপাশ্রিতা—তৌদুনা লৈরবা, কামোপভোগপরমা

=রূপ, রস মচি৲বা অপাম্বা বিষয়শিংদবু চাদূনা লৈবনা ( উপভোগ তৌবনা ) মখোয়গী অথোইবা ওইনা লৈরবা এতাবৎ ইতি নিশ্চিতা = বিষয়ভোগ অসিমক্তনি, মসি নত্তবা স্বর্গনচি৲বা পরলোক অমত্ত লৈতে হায়না লেপ্তু৲না লৈবা মীশি৲ ওই ॥ ১১ ॥

অপূনবা অর্থ — শিরবতদা লোইগদবা অমম্তু৲ চাং লেপকম লৈতবা চিন্তাদবু ( মখল মখা অয়াম্বা রাখলতবু ) তৌহনা লৈরবা অপাম্বা বিষয়শিংদবু উপভোগ তৌবনা ( চাদূনা লৈবনা ) মখোয়গী অথোইবা ওইরবা বিষয়ভোগ অসিমক্তনি, মসি নত্তবা পরলোকনচি৲বা অমত্ত লৈতে হায়না লেপ্তু৲না লৈবা মীশি ওই ॥ ১১ ॥

আশাপাশশতৈর্বদ্ধা কামক্রোধ পরায়ণ৹।
ঈহন্তে কামভোগার্থমন্যায়েনার্থসঞ্চয়ান্ ॥ ১২ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ৹— আশাপাশশতৈ বদ্ধা =আশাগী ( অপাম্বা পোৎ মী৲বগী মশক ওইবা ) থৌরী চামা চামানা পুন্দুনা লৈরবা কামক্রোধপরায়ণা ( তে ) = অপাম্বা পোৎ ফ৲নবা মী৲বা অমম্তু মহূ ফ৲ত্রগা শাউবা—অনীসিদ তৌবদা পুক্নী৲ চঙহনা লৈবা মখোয় শি৲না কাম ভোগার্থম = অপাম্বা পোৎ চা থক্নুনা লৈননবগীদমক অন্যায়েন = চুমদবা তৌহনা, অর্থসঞ্চয়ান ঈহন্তে = শেল থুম তানশিন্নবা হোৎনৈ ॥ ১২ ॥

অপুনবা অর্থ — অপাম্বা পোৎ মী৲বগী মশক ওইবা থৌরী চামা চামানা পুন্দুনা লৈরবা অমম্তু৲ অপাম্বা পোৎ ফ৲নবা হোৎনবা অহূগা মহূ ফ৲ত্রগা শাউবা অনীসিদং তৌবদা পুক্নী৲ চঙহনা লৈবা মখোয়শি৲না অপাম্বা পোৎ চা থক্নুনা লৈননবগীদমক চুমদবা তৌহনা ( চুমদবা উপায়না ) শেল থুম তানশিন্নবা হোৎনৈ ॥ ১২ ॥

মখোয়না পাম্বগী মতৌহবু অস্নুম্না হায়রি—

ইদমদ্য ময়া লব্ধ মিমৎ প্রাপ্স্যে মনোরথম্ ।
ইদমস্তীদমপি মে ভবিষ্যতি পুনধ নম ॥ ১৩ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — অদ্য = ঙসি, ময়া ইদ৲ লব্ধম = ঐনা মসি ফ৲লে, ইম৲ মনোরথম = পুক্নী৲না মী হূনা থম্নিবা অসিবুস্নু, প্রাপ্স্যে = ফ৲গনি, ইদম মে অস্তি = ঐগী মসি লৈ, ইদ৲ অপি ধনম পুন মে ভবিষ্যতি = লল অসিবু অমুক হন্না ঐগী ওইরকনি ॥ ১৩ ॥

অপুনবা অর্থ ৹— ঙসি ঐনা মসি ফ৲লে, পুক্নীংনা মী৲হূনা থম্নিবা অসিবুস্নু ফ৲গনি, ঐগী মসি লৈ হায়বদি হৌ৲জিক লৈরিবা অসিগুম্বা লল থুম অসি তু৲নস্নু ঐগী ওইনা লৈগনি ॥ ১৩ ॥

মখোয়গী অপাউবগী মওঙ অমম্তু৲ নাগলবু অস্নুম্না হায়রি –

অসৌ ময়া হত শত্রুর্হনিষ্যে চাহপরানপি।
ঈশ্বরোহহমহং ভোগী সিদ্ধোহহংবলবান্ সুখী ॥১৪॥

অন্বয় ব্যাখ্যা :— অসৌ শত্রু ময়া হত =য়েক্লববু ঐ ১ হাত্তোক্লে, অপরান্ অপি চ হনিষ্যে=অহুগা অতোপ্পশি বুস্সু হাৎকনি, অহং ঈশ্বর=ঐনা তৌবা ঙম্মা মপুন্নি, অহং ভোগী —ঐনা নীবা মতুং ইন্না অকবতা চা থক্লুবা লৈবা মীনি অহং সিদ্ধ =ঐ ইচা-ইশূ শাগে নাতৈ মন্নাম লৈগুবা সিদ্ধ ওইবা (নীবা থুনা) লৈবা মীনি বলবান সুখী চ= ঐ পাঙ্গল চাউবা নুংঙাইবা মীনি ॥ ১৪ ॥

অপুনবা অর্থ — য়েক্লবত্তবু ঐনা হাত্তোক্লে অহুগা অতোপ্পশিংবুস্সু হাৎকনি ঐ তৌবা ঙম্মা মপুন্নি ঐ নীংবা মতুং ইন্না অকবতা চা থক্লুবা লৈবা মীনি, ঐ, ইচা ইশূ শাগে মাতে য়াম্না লৈহুনা নীংবা থুংনা লৈবা মীনি, ঐ পাঙ্গল চাউবা অমসুং নু ঙাইবা মীনি ॥ ১৪ ॥

লল থুম অমসু শাগে মাতৈগী মরমদা মখোয়না চাউথোকপা অহুবু হৌজিক অস্নুম্না হায়ন্নি—

আঢ্যোহভিজনবানস্মিকোহন্যোস্তি সদৃশো ময়া।
যক্ষ্যে দাস্যামি মোদিষ্য ইত্যজ্ঞানবিমোহিতাঃ ॥ ১৫ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — (অহম) আঢ্য অভিজনবান চ অস্মি —ঐ ইনাক য়াম্না খুনবা অমসুং অচৌবা শাগেদা পোকপা মীনি, ময়া সদৃশং কং অন্য অস্তি=ঐগা মান্নবা অতোপ্পা কনা অমা লৈ, (অহম) যক্ষ্যে দাস্যামি মোদিষ্যে চ=ঐনা অচৌ অচৌবা যজ্ঞ তৌগনি দান য়াম্না পীগনি অমসুং হরাও নুংঙাইনা লৈগনি, ইতি অজ্ঞানবিমোহিতাঃ (তে অস্তি)=মতৌ অস্নুম্না মখোয় অজ্ঞান্না শুমহত্তুবা লৈ। ১৫ ॥

অপুনবা অর্থ :— ঐ য়াম্না ইনাকখুনবা অমসুং অচৌবা শাগেদা পোকপা মীনি ঐগা মান্নবা অতোপ্পা কনা অমা লৈ, ঐনা অচৌ অচৌবা যজ্ঞ তৌগনি, দান য়াম্না পীগনি অমসুং হরাও নুংঙাইনা লৈগনি মতৌ অস্নুম্না মখোয় অজ্ঞান্না শুমহত্তুবা লৈ ॥ ১৫ ।

মতৌ অস্নুম্না শুমহত্তুনা লৈবা মীশিংনা মমৈথংদা কন্নি ফংবগে হায়বহু অস্নুম্না তাক্লি—

অনেকচিত্তবিভ্রান্তা মোহজালসমাবৃতাঃ।
প্রসক্তাঃ কামভোগেষু পতন্তি নরকেহশুচৌ ॥ ১৬ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — অনেকচিত্তবিভ্রান্তা —মখল-মখা অয়াম্বা অপাম্বা পোৎশিংদা পুক্নীং চোই হুনা (ঙাওহুনা) লৈরবা, মোহজালসমাবৃতা —তৌহৈবা অমসুং তৌহৈদবগী বাখল খন্দবগী মশক ওইবা লাংদা থুহুনা লৈবা, কামভোগেষু প্রসক্তাঃ=পুক্নীংনা পাম্বা পোৎশিংগী উপভোগ তৌবদা

চণ্ডশিন্দুনা লৈবা, (তে) অশুচৌ নরকে পতন্তি—মখোয়শিং অদু থী য়ুংনচি বনা থন্না লৈবা নরক্তা তাদুনা লৈ ।। ১৬ ।।

অপুনবা অর্থ — মখল মখা অয়াম্বা অপাম্বা পোৎশিংদা পুক্নীং চোইদুনা লৈবা তৌহৈবা তৌহৈদবগী রাখল খন্নবগী লাংদা থুদুনা লৈবা, পুক্নীংনা পাম্বা পোৎশিংগী উপভোগ তৌবদা চণ্ডশিন্দুনা লৈবা মখোয়শি চু শেংদবা নরক্তা তাদুনা লৈ ॥ ১৬ ॥

আসুরী সম্পৎ লৈবা মীশিংগী মমু দা যজ্ঞ-দাননচিংবা তৌবা মী য়াম্না লৈ, মখোয় কয়ম্না নরক তাগনি চিংনরবদা মতুগী পাউখুম ভগবান্না পীরি—

আত্মসম্ভাবিতা. স্তব্ধা ধনমানমদান্বিতা ।
যজন্তে নামযজ্ঞৈস্তে দম্ভেনাঽবিধিপূর্ব্বকম্ ॥ ১৭ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — আত্মসম্ভাবিতা =মশাবু য়াম্না শুন লৈবনি খন্দুনা ঐ মঙায়বে হায়বা লৈবা, স্তব্ধা =নোল্লুক্তবা (ময়াই কাওবা লৈবা) ধনমানমদান্বিতা =লল থুম্না মরম ওইদুনা অতোপ্পনা মাগী মফমদা ঈকাই খুম্নবা উৎপা অদুদগী ময়াই কাদুনা লৈবা, তে দম্ভেন=মখোয়শিংদুনা য়াম্না চাউথোক্লা, অবিধিপূর্ব্বকম =তৌবা হৌনবা নিয়ম কায়বা নামযজ্ঞৈ =মমিংতা ওইবা যজ্ঞশিংনা, যজন্তে=যজ্ঞ তৌই ॥ ১৭ ॥

অপুনবা অর্থ :— মশাবু য়াম্না শুন লৈবনি খন্দুনা ঐ মঙায়বে হায়বা চাউথোক্লা লৈবা নোল্লুক্তবা, লল থুম্না মরম ওইদুনা অতোপ্পনা মাগী মফমদা ঈকাই খুম্নবা উৎপা অদুদগী য়াম্না ময়াই কাদুনা লৈবা মখোয়শিং অদুনা য়াম্না চাউথোক্লা মমিংদা ওইবা যজ্ঞশি বু তৌদুনা লৈ ॥ ৭ ॥

অসিগুম্না মীশি দি ভগবানগী য়েংথিনবনি হায়বসি অস্নুম্না তাক্লি—

অহংকারং বলং দর্পং কামং ক্রোধঞ্চ সংশ্রিতাঃ।
মাম আপবদেহেষু প্রদ্বিষন্তোঽভ্যসূয়কা. ॥ ১৮ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা :—অহংকার =ঐ মঙায়বে হায়বা লৈবা, বলং =পাঙ্গল চাউবা, দর্পং =নাপল তৌবা, কাম =অপাম্বা পোৎ নীংদুনা লৈবা, ক্রোধং =মতুদা য়্রৈখায়বা লাক্লগা শাউবা, মসি পুম্নমক্কী—সংশ্রিতা = মতেং লৌদুনা লৈবা অদুগা আত্মপরদেহেষু =মশাগী অমসুং অতোপ্পা হকচাংশিংদা লৈবা, মাম প্রদ্বিষন্ত =পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐবু য়েংথিবা অমসুং অভ্যাসূয়কা ( ভবন্তি ) =অতোপ্পগী গুণশিংবু খাঙবা ঙমদদুনা ( কল্লকুনা ) নিন্দা তৌদুনা লৈবা মীওইশিং ওই ॥ ১৮ ॥

অপুনবা অর্থ •— ঐ মঙায়বে হায়না লৈবা, পাঙ্গল চাউবা, নাপল তৌবা, অপাম্বা পোৎ নীংদুনা লৈবা, মতুদা য়্রৈখায়বা লাক্লগা শাউবা, মসি পুম্নমক্কী মতেং লৌদুনা লৈবা অদুগা মশাগী

অমস্তু, অতোপ্পগী হকচাংশিংদা লৈবা পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐবু য়াম্না য়েংথিবা তৌবা অমস্তু, অতোপ্পগী গুণশিংবু কনক্কুনা থিন্দা তৌহুনা লৈবা মীওইশিং ওই। ১৮ ॥

মসিগুম্বা ফত্তবা মীশিংগীদমক মখোয়না তৌবা কর্ম্মগী মতুংইন্না ভগবান্না করি মহৌ পীবগে হায়বহু হৌজিক তাক্লি—

তানহং দ্বিষত ক্রুবান্ সংসারেষু নরাধমান্।
ক্ষিপাম্যজস্রমশুভানাসুরীষ্বেব যোনিষু ॥ ১৯ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — অহম =হকচাং পুন্নমক্ত শীন থুংবা লৈবা কৃষ্ণ ঐনা, দ্বিষত =এরোন্দা অমস্তু, সাধু ওইবা মীশিংদা য়েংথিহুনা লৈবা, ক্রুরান—য়াম্না নুংশিহৈতবা (তমথীরবা) অশুভান =ফত্তবা তৌবা, তাননরাধমান—য়াম্না তোল্লবা (লৈখা তাবরা) মখোয়শিংহুবু সংসারেষু আসু রীষু যোনিষু এব—নরক্কী লম্বীদা চংননবা শা কৈনচি বগী মপোকশিংদা, অজস্রম ক্ষিপামি= নত্তুনা হুন্থ ॥ ১৯ ॥

অপুনবা অর্থ —হকচাং পুন্নমক্তা শীনথুংনা লৈবা কৃষ্ণ ঐনা, এরোন্দা অমস্তু সাধু ওইবা মীশিংদা য থীননা লৈবা, তমথীরবা ফত্তবা থবক্ত তৌবা যাম্না তোল্লবা মখোযশি হুবু নরক্কী লম্বীদা ১ ননবা শা কৈনচি বগী মপোকশি দা তত্তুনা হুন্থ ॥ ১৯ ॥

মখোশিং অহুনা য়াইফবা ফংবসিদি ওইথোক্তবনি হায়বসিবু হৌজিক অম্মুম্না তাক্লি—

আসুরীং যোনিমাপন্না মূঢা জন্মনি জন্মনি।
মামপ্রাপ্যৈব কৌন্তেয ততো যান্ত্যধমাং গতিম্ ॥ ২ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— কৌন্তেয=কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন! মূঢা=তৌহৈবা তৌহৈদবা খঙদনা গুমহত্তুনা লৈবা মখোয়না, জন্মনি জন্মনি—মপোক মপোক খুদিদা, আসুরী যোনি আপন্না —হিংচা-য়াইতম্বশিংনা ফংগদবা মপোক ফংহুনা মাম অপ্রাপ্য এব=পরমেশ্বর ওইবা কৃষ্ণ ঐবু ফ বা গুমদননক, তত অধমা গন্তি যান্তি=অহাননদা ফংবা মপোক অহুদগীম্সু হেন্না তোম্বা মপোক ফংই ॥ ২ ।

অপুনবা অর্থ — কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন! তৌহৈবা অমস্তু তৌহৈদবা খঙদনা গুম হত্তুনা লৈবা মখোয়না মপোক মপোক খুদিংদা হিংচা-য়াইতম্বগী লমচৎ চৎপা মীশিংনা ফংগদবা মপোক ফংহুনা পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐবু ফংবা গুমদননক অহানবদা ফংবা মপোক অহুদগীম্সু হেন্না তাম্বা মপোক ফংই ॥ ২ ॥

হৌজিক আসুরী সম্পৎ পুন্নমকী মরুওইবা মরম (কারণ) অহুমবু অম্মুম্না তাক্লি—

ত্রিবিধং নরকস্যেদং দ্বারং নাশনমাত্মনঃ।
কামঃ ক্রোধস্তথা লোভস্তস্মাদেতৎত্রয়ং ত্যজেৎ ॥ ২১ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা:**— কাম = মখল মখা, অয়াম্বা বিষয় ভোগ পাম্বা ক্রোধঃ— মহৃ (কাম) ফংবদা নৈখায়বা লাক্লগা শাউবা, তথা লোভ — অহৃগা শেল থুম য়াম্বা ফংনীংবা, ইদম ত্রিবিধং— হায়ব্রিবা মখল অহুমগী দোষ অসি নরকস্য দ্বারং = নরক ফংনবা থোঙনি (মরম্নি), (অত) আত্মন নাশনম = মরম অসিনা মশাগী মাঙনবগী মশক্তি, তস্মাৎ = মরম অসিদগী এতৎত্রয়ং ত্যজেৎ = অহুম অসিবু থাদোক্কদবনি ॥ ২ ॥

**অপুনবা অর্থ** —বিষয়ভোগ পাম্বা, মহুদা নৈখায়বা লাক্লগা শাউবা অমসুং শেল থুম য়াম্বা ফংনীংবা মখল অহুমগী দোষ অসি নরক ফংনবগী মরম্নি অমসুং মশাগী মাঙনবগী মশক্তি, মরম অসিদগী অহুম অসিবু থাদোক্কদবনি ॥ ২১ ।

অহুম অসিবু থাদোকপা মীনা ফংদবা মঙ্গলবু অস্থুম্না তাক্লি—

এতৈর্বিমুক্তঃ কৌন্তেয় তমোদ্বারৈস্ত্রিভির্নরঃ।
আচরত্যাত্মনঃ শ্রেয়স্ততো যাতি পরাং গতিম্ ॥ ২২ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা**:— কৌন্তেয় = কুন্তীগী মচা হে অর্জুন। তমোদ্বারৈঃ = অরাবা অমসুং শুম হৎনবগী মশক ওইবা নরক ফংনবগী মরম এতৈঃ ত্রিভিঃ বিমুক্তঃ — অপাম্বা অশাউবা অমসুং ফংনীংবা অহুম অসিদগী থাদোক্লবা (লাপ্থোক্লবা) নরঃ = মীনা আত্মন শ্রেয় আচরতি— মশাগী য়াইফনবা লমচৎ চৎলী, ততঃ = লমচৎ অদুদগী, পরাং গতিং যাতি — অথোইবা খুদমবু ফংই ॥ ২২ ॥

**অপুনবা অর্থ** — কুন্তীগী মচা হে অর্জুন। অরাবা অমসুং শুমহৎনবগী (অমসুগী) মশক ওইবা নরক ফংনবা মরম অহুম অসিদগী থাদোক্লবা মীনা মশাগী য়াইফনবা লমচৎ চৎলী, মহুদগী মাঙা অথোইবা খুদমবু ফংই ॥ ২২ ॥

অসুরগুণ্বা আসুরী সম্পৎপু থাদোক্লব্য উপায়ুদি শাস্ত্রনা তৌ হায়রব্য্য ত্যুকপা, থবক্কু তৌত্রনা নৈবনি, মসি নত্তবা অতোপ্পা উপায় অমা নৈতে হায়বা তাক্লি—

যঃ শাস্ত্রবিধিমুৎসৃজ্য বর্ত্ততে কামকারতঃ।
ন স সিদ্ধিমবাপ্নোতি ন সুখং ন পরাং গতিম্ ॥ ২৩ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা:**— যঃ = মী অদুনা, শাস্ত্রবিধিম্ উৎসৃজ্য — তৌগদবা অমসুং তৌরোইদবা থবকশিংগী শাস্ত্রনা তাকপা নিয়ম অদুবু থাদোক্লগা, কাম কারতঃ বর্ত্ততে — তৌনীংবর্তা তৌহং নৈ, সঃ — অদুগুম্বা মী অদুনা, সিদ্ধিম ন অবাপ্নোতি — করিগুম্বা মহৈ অমত্ত ফংদে। ন সুং

( অবাপ্নোতি )=মুংঙাইববুস্ন ফংদে, অহুগা— ন পরাং গতিম (অবাপ্নোতি)=অথোইবা থুবমবুস্ন ফংদে ॥ ২৩ ॥

অপুনবা অর্থ — মী অহুনা ঙৌগদবা অমসু ঙৌরোইদবা থবক্‌ গী শাস্ত্রনা তাকপা নিযম অহুবু থাদোক্লগা ঙৌনীংবতা ঙৌহুনা লৈ, অহুগুম্না মী অহুনা করিগুম্ব মইশ অমত্ত ফদে অহুগা অথোইবা থুবমবুস্ন ফংদে ॥ ২৩ ॥

মরম অসিনা শাস্ত্রনা তাকপা নিয়ম মতুং ইন্না লমচৎ চত্ত না লৈগদবনি হায়বসিবু শ্রীভগবান্না অধ্যায়গী অরোইবদা অস্নুম্না হায়রি—

তস্মাৎছাস্ত্রং প্রমাণং তে কার্য্যাহকার্য্য ব্যবস্থিতৌ।
জ্ঞাত্বা শস্ত্রবিধানোক্তং কর্ম্ম কর্ত্তুমিহার্হসি ॥ ২৪ ॥

ইতি শ্রীমদ্ভগবদ্‌গীতাসূপনিষৎসু ব্রহ্মবিদ্যায়াং যোগশাস্ত্রে শ্রীকৃষ্ণার্জ্জুন সংবাদে দৈবাসুর সম্পদ্বিভাগ যোগোনাম ষোডশোহধ্যায ॥ ১৬ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — তস্মাৎ=মরম অসিদগী হায়বদি শাস্ত্রবু থাদোক্লনা ঙৌনী বা ঙৌবনা করিহম্না মইহ অমত্ত ফংদবদগী কার্য্যাকার্য্যব্যবস্থিতৌ=করম্না থবক ঙৌবা হৌনৈ অমসুং করম্না হৌনদে লেপ্পদা শাস্ত্রম প্রমাণম তে=বেদ পুরাণনচি বা শাস্ত্রশিং মহাক্তীদমক প্রমাণনি (অত) ইহ=মরম অসিনা মীওইবগী লোক অসিদা শাস্ত্র বিধানোক্তং জ্ঞাত্বা=শাস্ত্রনা তাকপা নিয়মশিংবু নীংথিনা খঙলগা, (ত্বম) কর্ম্ম কর্ত্তুম অর্হসি=নহাক কর্ম্ম ঙৌবদা মতীক ওই (ঙৌগদবনি) ॥ ২৪ ॥

অপুনবা অথ — মরম অসিদগী করম্না থবক ঙৌবা হৌনৈ অমসুং করম্না হৌনদে লেপ্পদা বেদ পুরাণনচিংবা শাস্ত্র মহাক্তীদমক প্রমাণনি মরম অসিনা মীওইবগী লোকসিদা শাস্ত্রনা তাকপা নিয়মশিংবু নীংথিনা খঙলগা নহাক কর্ম্ম ঙৌবদা মতীক ওই হায়বদি শাস্ত্রনা তাকপা নিয়মশিংগী মতুং ইন্না থবক পুম্নমক ঙৌগদবনি অমসুং শাস্ত্রনা ঙৌগনু থিংবা পুম্নমক ঙৌরোইদবনি ॥ ২৪ ॥

মতৌ অস্নুম্না শ্রীভগবান্না শকপা উপনিষংশিংদা ব্রহ্মবিদ্যাগী মশক ওইবা
যোগশাস্ত্রগী মনুংদা অর্জুন অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী বাহং পাউখুম ওইন্না
তাঙলবদা "দেবাসুরসম্পদ্বিভাগ যোগ" কৌবা তরাতরুকশুবা অধ্যায়গী
স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিনা ইবা অথুপ্পা বাগা
লোয়নবা অন্বয় ব্যাখ্যা লোইরে। ১৬।

॥ হরি ওঁ তৎসৎ ॥

— ওঁ —



# শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতা

(অথ সপ্তদশোঽধ্যায়ঃ)

## তরাতরেৎশুবা অধ্যায়

অধ্যায় অসিগী মমিং "শ্রদ্ধাত্রয়বিভাগ যোগ" নি। অধ্যায়সিদা সত্ত্ব মচিংবা গুণ অহুমদগী ওইবা সাত্ত্বিক শ্রদ্ধানচিংবা শ্রদ্ধা অহুম তপ অহুম চীঙ্গাক মথল অহুম অসিনচিংবা হায়গনি। মহুদা মথক্কী অধ্যায়দা শাস্ত্রনা তাকপা নিয়মগী মতু ইন্না কর্ম্ম তৌরবদি মতুগী মহৈ ফবা চুমগনি। অদুগা নিয়মবু উশীং খোঙইদনা মনী, তন্না কর্ম্ম তৌরবদি মহুদগী করিগুম্বা মহৈ অমত্ত ফবা ঙম্মোই হায়রে। বৈদিক শাস্ত্রবু উশীং-খোঙইদনা তৌদনা তৌবা ওইরবস্তু করিগুম্বা মরম অমদগী শাস্ত্রগী নিয়ম কায়না তৌরবস্তু থবক অদুবু য়াম্না শ্রদ্ধাগা লোয়ননা তৌরবদি মহুগী মহৈ কংগদবা মত্রগা ফ লোইদবা হায়বসিবু খঙবীংহনা অর্জ্জুন শ্রীভগবানগী মফমদা অম্থুম্না হংলি—

**অর্জ্জুন উবাচ**

যে শাস্ত্রবিধিমুৎসৃজ্য যজন্তে শ্রদ্ধয়ান্বিতাং।<br>
তেষাং নিষ্ঠা তু কা কৃষ্ণ সত্ত্বমাহো রজস্তমঃ॥ ১॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — অর্জ্জুন উবাচ=অর্জ্জুননা হংখি, কৃষ্ণ—হে কৃষ্ণ। যে শাস্ত্রবিধিম্ উৎসৃজ্য =দৈবী সম্পৎ লৈবা অদুগা আসুরী সম্পৎ লৈবা মীশিংদগী অতোপ্পা কনাগুম্বশিংনা করিগুম্বা মরম অমদগী শাস্ত্রনা তাকপা নিয়ম থাদোক্লগা শ্রদ্ধয়া অন্বিতা=য়াম্না থাজবগী মশক ওইবা শ্রদ্ধাগা লোয়ননা, যজন্তে=যজ্ঞ, দান তপ, দেব পূজা অসিনচি বা তৌহনা লৈ, তেষাং তু= অদুগুম্বা মখোয়শিংগী কা নিষ্ঠা=মহৈ কংবদা কয়ম্ কীবম ওইগনি সত্ত্বম্=মখোয়গী পূজা মচিংবন্ত সাত্ত্বিক ওইগদবা, আহো রজ=নত্রগা রাজসী ওইগদবা, তম (বা)=নত্রগা তামসী ওইগদবা॥ ১॥

**অপুনবা অর্থ :—** অর্জ্জুননা হংজখি—হে কৃষ্ণ! কনাগুম্বা মী খবুমনা কয়িগুম্বা ময়ম অমদগী শাস্ত্রনা তাকপা নিয়ম থাদোক্লগা শ্রদ্ধা য়াম্না তৌবা যজ্ঞ, দান দেবপুজা বচিংবা তৌডুনা লৈ অদুগুম্বা মখোয়শিংদুগী মহৈ ফংবদা কয়ম্না কীবম ওইগনি? মখোয়গী পুজাবচিংবদু সাত্ত্বিকী ওইগদরা? নত্রগা রাজসী ওইগদরা নত্রগা তামসী ওইগদরা? ॥ ১ ॥

মীশিং অদুনা শাস্ত্রগী নিয়মবুদি থাদোক্লগা শ্রদ্ধাগা (য়াম্না থাজবগা) লোয়ননা দেব পুজা বচিংবা তৌই মখোয়শিং অদু মখোয়না তৌবা মওঙ খেন্নবগী মতুংইন্না খেন্নে মখোয়দা সাত্ত্বিকী শ্রদ্ধা লৈরবদি মখোয়না দেবভাব বচিংবা অফবা মহৈ ফংই নত্রবদি ফদে অসিনচিংবা তাক্ল বগীদমক অজ্ঞানবদা শ্রীভগবান্না শ্রদ্ধাগী খেন্নবদু অস্সুম্না তাকপা হৌই—

শ্রীভগবানুবাচ।

ত্রিবিধা ভবতি শ্রদ্ধা দেহিনাং সা স্বভাবজা।
সাত্ত্বিকী রাজসী চৈব তামসী চেতি তাং শৃণু ॥ ২ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — শ্রীভগবান উবাচ=শ্রীভগবান্না হায়রিখি (তাকপিখি)— দেহিনাং=হকচাং লৌদুনা লৈবা মীওইবশিংগী শ্রদ্ধা=শ্রদ্ধাসি (গুরু অমসুং শাস্ত্রগী বাদা য়াম্না থাজবসি) সাত্ত্বিকী—সত্ত্বগুণদগী ওইরকপা, রাজসী=রজোগুণদগী ওইরকপা তামসী চ=অমসুং তমোগুণদগী ওইরকপা, ইতি চ=মতৌ অস্সুম্না ত্রিবিধা এব ভবতি=অহুমথোক্লা খায়রি সা=শ্রদ্ধা অদুদি স্বভাবজা=অজ্ঞানবা মপোক্তা তৌখিবা কর্ম্মগী সংস্কার মতুং ইন্না পোকপনি, তাং শৃণু=অসি গুম্বা শ্রদ্ধা অসিগী ময়মদা নহাক্লা ঐগোন্দগী তাও ॥ ২ ॥

**অপুনবা অর্থ** — শ্রীভগবান্না তাকপিখি— মীওইবগী শ্রদ্ধাসি (য়াম্না থাজবসি) সত্ত্বগুণদগী ওইরকপা, রজোগুণদগী ওইরকপা অমসু তমোগুণদগী ওইরকপা খেন্নবদগী অহুমথোক্লা খায়রি অসিগুম্বা শ্রদ্ধাসি অজ্ঞানবা মপোক্লা তৌখিবা কর্ম্মশিংগী সংস্কার মতুংইন্না পোকপনি, শ্রদ্ধাসিগী ময়মদ নহাক তাও ॥ ২ ॥

মতৌ অস্সুম্না কর্ম্মসংস্কারগী মতুংইন্না পোকপা মথল অদুমগী শ্রদ্ধা তাক্লগা হৌজিক শ্রদ্ধাদুগী মচাক ওইবা ময়ম অন্তঃকরণগী (পুক্নীংগী) মতুং ইন্নসু সাত্ত্বিক বচিংবা খেন্নবা শ্রদ্ধা ওই হায়রসিবু শ্রীভগবান্না অস্সুম্না তাক্লি—

সত্ত্বানুরূপা সর্ব্বস্য শ্রদ্ধা ভবতি ভারত।
শ্রদ্ধাময়োঽয়ং পুরুষো যো যচ্ছ্রদ্ধঃ স এব সঃ ॥ ৩ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** —ভারত=ভারতকী শাগৈদা পোকপা হে অর্জ্জুন! সর্ব্বস্য শ্রদ্ধা=মীওইবা পুম্নমকী শ্রদ্ধা অসি, সত্ত্বানুরূপা ভবতি=মখোয় মখোয়গী অন্তঃকরণগী মতুংইন্না ওই, অয়ং পুরুষ

শ্রদ্ধা ময =পুম্নমক্কী হৃদয়দা লৈবা জীবাত্মাসি শ্রদ্ধাগী মশক্তি, হায়বদি করিগুম্বা শ্রদ্ধা অমা তৌহুবা লৈ, য যচ্ছ্রদ্ধ =মী অহুবা সাত্ত্বিকী, রাজসী নত্রগা তামসী শ্রদ্ধা তৌহুবা লৈ স =অহুগুম্বা মী অহু, স এব=শ্রদ্ধাহুগী মতু্ংইন্না সাত্ত্বিক রাজসিক নত্রগা তামসিক শোয়দবা ওই ॥ ৩ ॥

**অপূনবা অর্থ**।— ভারতকী শাগৈদা পোকপা হে অর্জুন! মীওইবা পুম্নমক্কী শ্রদ্ধাসি ( য় ম্না থাজবসি ) মখোয় মখোয়গী অন্ত করণ ( পুক্নী ) গী মতু ইন্না ওই জীবাত্মাসি শ্রদ্ধাগী মশক্তি, মী অহুবা সাত্ত্বিকী রাজসী নত্রগা তামসী শ্রদ্ধা তৌহুবা লৈ, অহুগুম্বা মী অহু শ্রদ্ধাহুগী মতু্ংইন্না সাত্ত্বিক রাজসিক নত্রগা তামসিক ওই ॥ ৩ ॥

### অথূপ্পা বা

ঐখোয়গী অন্ত করণ ( পুক্নী ) অসি রজ অমসুং তম গুণ থন্না য়াবশিনবা সত্ত্বগুণদগী পোকপা তক্ত তরুবা পোং অমনি। মরম অসিনা অন্ত করণবু সত্ত্ব অসুপ্নসু হায়বৈ। অহুগা হৌরবা মপোকশিংদা তৌখিবা কর্ম্মগী পাপ পুণ্য ওইবা সংস্কারশিং হু মহুদা (অন্ত করণদা) লৈ। মহুগী মতু ইন্না মতম পুম্নমক্ত অন্ত করণসি সত্ত্বগুণনা অথোইবা ওইহুনা লৈতে। ক্রি করিগুম্বা মতমদা রজ অমসুং তম গুণনা অথোইবা ওইনা লৈ। মরম অসিনা পুণ্য কর্ম্মগী সংস্কারনা মরম ওইহুনা সত্ত্বগুণ অথোইবা ওইনা লৈবা অন্ত করণদা পোকপা শ্রদ্ধা অসি সাত্ত্বিকী শ্রদ্ধা ওই। মতৌ অসুম্না সাত্ত্বিকী শ্রদ্ধা লৈরবদি করিগুম্বা মরম অমদগী শাস্ত্রগী নিয়ম কায়বা দেব পুজানচিংবা তৌরবসু মহুদগী মী অহুনা য়াইফবা ওইবা মহৈ ফংবগী ফীবম ফংগনি অহুগা পাপ কর্ম্মগী সংস্কারনা মরম ওইহুনা অন্ত করণদা রজ অমসুং তম গুণ য়াম্না হেনগনা লৈরবদি অফবা মহৈ ফংবা ঙম্লোই সুপ্না পাপ ওইবা মহৈদমক ফংগনি হায়বসিবু শ্লোক অসিদা ভগবান্না তাক্লি ॥৩॥

সাত্ত্বিকীনচিংবা শ্রদ্ধা খেন্নবদগী মীনা করি করি পুজা পাঠনচিংবা তৌহুনা লৈ হায়বহু হৌজিক অসুম্না তাক্লি—

যজন্তে সাত্ত্বিকা দেবান্ যক্ষরক্ষাংসি রাজসা।
প্রেতান্ ভূতগণাংশ্চান্যে যজন্তে তামসা জনা ॥ ৪ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা**:— সাত্ত্বিকী শ্রদ্ধা লৈবা মীশিংনা, দেবান যজন্তে=রুদ্রনচিংবা দেবতাশিংগী পুজা তৌই, রাজসা যক্ষরক্ষাংসি ( যজন্তে )=রাজসী শ্রদ্ধা লৈবা মীশিংনা কুবেরনচিংবা যক্ষ অমসুং নৈঋতিনচিংবা রাক্ষসশিংগী পুজা তৌই, অন্যে তামসা জনা =তামসী শ্রদ্ধা লৈবা অতোপ্পা মীশিংনা, প্রেতান্ ভূতগণান চ যজন্তে=ভূত অমসুং প্রেতশিংগী পুজা তৌই ॥ ৪ ॥

**অপুনবা অর্থ :—** সাত্ত্বিকী শ্রদ্ধা লৈবা মীশিংনা দেবতাশিংগী পূজা তৌই, রাজসী শ্রদ্ধা লৈবা মীশিংনা যক্ষ অমসুং রাক্ষসশিংগী পূজা তৌই, অদুগা তামসী শ্রদ্ধা লৈবা মীশিংনা ভূত অমসুং প্রেতশিংগী পূজা তৌই ॥ ৪ ॥

সাত্ত্বিক ওইবা মীশিংদগী অতোপ্পা রাজস অমসুং তামস ওইবা মীশিংনা করম তৌনা করি তৌদুনা লৈবগে হায়বদু হৌজিক শ্লোক অনীনা অসুম্না তাক্লি –

অশাস্ত্রবিহিতং ঘোরং তপ্যন্তে যে তপো জনা
দম্ভাহংকার সংযুক্তা কামরাগবলান্বিতা ॥ ৫ ॥
কর্শয়ন্তঃ শরীরস্থং ভূতগ্রামমচেতস
মাংচৈবান্তঃ শরীরস্থং তান্ বিদ্ধ্যাসুরনিশ্চয়ান্ ॥ ৬ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — দম্ভাহংকারসংযুক্তা — মশাবু ধর্ম্ম লৈবনি হায়না নাপল তৌবা অমসুং এ মচাংয়রে হায়না চাউখোকপনা তিন্দুনা লৈরিবা কামরাগবলান্বিতা = অপাম মিহৌ অমসুং নখৌনা য়াওবা লৈবা, যে অচেতস জনা = অফ কন্ত বুদ্ধি করিমত্ত লৈতবা মীশিং অদুনা শরীরস্থং ভূতগ্রামং = হকচাংগী মনুংদা লৈবা জ্ঞানেন্দ্রিয়, কর্ম্মেন্দ্রিয়, প্রাণ অসিনচিংবগী মওং লৌদুনা লৈবা পৃথিবীনচিংবা ভূত মচাবু অমত্ত শরীরস্থং মাং চ = অদুগা হকচাংসিগী মনুংদা অন্তর্যামী অন্তরাত্মা ওইদুনা লৈবা কৃষ্ণ ঐবুসু, কর্ষয়ন্তঃ = লাকশিন্দুনা থম্লগা ( কর্শয়ন্ত অসুম্না পাঠ তৌরবদি মদুগী অর্থ = কংশিনহন্দুনা থম্লগা ) অশাস্ত্রবিহিতং – শাস্ত্রনা তৌ হায়না তাক্তবা, ঘোরং তপ তপ্যন্তে – অকিবগী মশক ওইবা তপবু তৌদুনা লৈ তান = মখোয়শিংবু আসুরনিশ্চয়ান বিদ্ধি – হিংচা-য়াইতম্বগী বুদ্ধি লৈবা মীশি নি হায়না খঙউ ॥ ৫ ৬ ॥

**অপুনবা অর্থ .—** মশাবু ধর্ম্ম লৈবনি হায়না নাপল তৌবা অমসু ঐ মচাংয়রে হায়না চাউ খোকপনা তিন্দুনা লৈবা অপাম মিহৌ অমসুং মখৌনা য়াওবা লৈবা অদুগা অফ কত্ত করিমত্ত লৈতবা মীশিং অদুনা হকচাংগী মনুংদা লৈবা জ্ঞানেন্দ্রিয় কর্ম্মেন্দ্রিয়, প্রাণ অসিনচিংবগী মওং লৌদুনা লৈবা পৃথিবীনচিংবা ভূত মচাবু অমসুং হকচাংগী মনুংদা অন্তর্যামী অন্তরাত্মা ওইদুনা লৈবা কৃষ্ণ ঐবুসু লাকশিন চিংশিন্দুনা থম্লগা শাস্ত্রনা তৌ হায়না তাক্তবা অকিবগী মশক ওইবা তপবু তৌদুনা লৈ অসিগুম্না মখোয়শিংবু হিংচা য়াইতম্বগী বুদ্ধি লৈবা মীশিংনি হায়না খঙউ ॥৫ ৬॥

সাত্ত্বিক ওইবা মীনা দেবভাব ফংই অদুগা রাজস অমসুং তামস ওইবা মীনা অসুরভাব (হিংচা য়াইতম্বগী মওংবু) ফংই হায়বসি লেপ্লবদা হৌজিক রাজস অমসুং তামস ভাবপু থাদোক্লুনা সাত্ত্বিক ভাব ফংনবগী উপায় খঙননবগীদমক চীঞাক, যজ্ঞ, তপ অমসুং দানগী মখল অহুমথোক্লা হায়রি—

আহারস্ত্বপি সর্ব্বস্য ত্রিবিধো ভবতি প্রিয়ঃ।
যজ্ঞস্তপস্তথা দানং তেষাং ভেদমিমং শৃণু ॥ ৭ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— সর্ব্বস্য—মী পুম্নমক্কী আহার তু অপি—চারবা চীঙ্গাকস্তু ত্রিবিধ প্রিয় ভবতি=মথল অহুমগী অপাম্বা ওই, যজ্ঞ ( অপি ত্রিবিধ প্রিয় )=দেবতাগীদমক অঙম্বা পোং কখোকপগী মশক ওইবা যজ্ঞস্তু মথল অহুমগী অপাম্বা ওই তথা তপ দান, চ ( ত্রিবিধ, প্রিয়, ভবতি )=মতৌ অহুম্না হকচাং ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশিন্দুনা কংহনবগী মশক ওইবা তপ অমস্তু করিগুম্বা পোং অমগী মপু ওইবা থাদোক্লগা অতোপ্পা মী অমবু মপু ওইহনবগী মশক ওইবা দানস্তু মথল অহুমগী অপাম্বা ওই, তেষাং ভেদ শৃণু—মখোয়গী খেন্নবা মথলশিংহুবু নংনা তাও ॥ ৭ ॥

অপুনবা অর্থ ঃ— মী পুম্নমক্কী চারবা চীঙ্গাকস্তু মথল অহুমগী অপাম্বা ওই মতৌ অহুম্ন যজ্ঞ, তপ অমস্তুং দানস্তু মথল অহুম অহুমগী অপাম্বা ওই, মখোয়গী খেন্নবা মথলশিংহুবু নংনা তাও ॥ ৭ ॥

হৌজিক শ্লোক অহুম্না চীঙ্গাক্কী খেন্নবা মথল অহুমহুবু অস্তুম্না হায়রি—

আয়ুঃ সত্ত্ববলারোগ্য সুখপ্রীতি বিবর্দ্ধনাঃ।
রস্যাঃ স্নিগ্ধাঃ স্থিরা হৃদ্যা আহারাঃ সাত্ত্বিক প্রিয়া ॥ ৮ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা —আয়ু সত্ত্ব বল আরোগ্য সুখ প্রীতি — বিবর্দ্ধনা =পুন্সি, অথাঙকনবা, পাঙ্গল হকচাং ফবা, নুংঙাইবা অমস্তু পেনবা হেনগংহনবা ( চাওখংনবা ) রস্যা =রস লৈবা ( মহী লৈবা ), স্নিগ্ধা =মরেক লৈবা ( থোং মেঙবা ), স্থিরা = থুনা তুমদনা লৈবা হৃদ্যা = পুক্নীং পেলহনবা আহারা =চীঙ্গাকশিং, সাত্ত্বিক প্রিয়া =সত্ত্বগুণ লৈবা মীশিংগী অপাম্বা ওই ॥ ৮ ॥

অপুনবা অর্থ —পুন্সি, অথাঙকনবা, পাঙ্গল হকচাং ফবা, নুংঙাইবা অমস্তুং পেনবা, চাওখংহনবা অহুগা রস লৈবা, মরেক মহাও লৈবা চাখিবগা হেক্তা তুমদবা, পুক্নীং পেলহনবা চীঙ্গাকশি সত্ত্বগুণ লৈবা মীশিংগী অপাম্বা ওই ॥ ৮ ॥

রজোগুণ লৈবা মীগী অপাম্বা চীঙ্গাকপু অস্তুম্না হায়রি—

কট্বম্ললবণাত্যুষ্ণ তীক্ষ্ণরূক্ষবিদাহিনঃ।
আহারা রাজসস্যেষ্টা দুঃখশোকাময় প্রদাঃ ॥ ৯ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— কটু অম্ল লবণ অত্যুষ্ণ তীক্ষ্ণ রূক্ষবিদাহিন = য়াম্না খাবা, য়াম্না শীনবা, য়াম্না য়াকপা, য়াম্না শাবা, মোরোক্লচিংবা য়াম্না থোবা, মরেক লৈতবা, য়াম্না ফকপা, য়াম্না

শাগৎহনবা, দুখশোকা মরপ্রদা আহায়া = চারিবৈদা মুংহাইতবা পোকপা তুংদা পুক্নী, শোকপা অনাবা পোকহনবা চীজাকশিং, রাজসস্ত ইষ্টা — রজোগুণ লৈবা মীগী অপাম্বা ওই ॥৯॥

**অপুনবা অর্থ** — য়াম্না খাবা, য়াম্না শীনবা, য়াম্না য়াকপা, য়াম্না শাবা য়াম্না থৌবা (মোরোকচি বা ), য়াম্না ফকপা (মরেক লৈতবা), য়াম্না শাগৎহনবা চাবদা মুংহাইতবা মতুংদা পুক্নীং শোকপা অমসুং, অনাবা পোকহনবা চীজাকশিং রজোগুণ লৈবা মীগী অপাম্বনি ॥ ৯ ॥

হৌজিক তমোগুণ লৈবা মীগী চীজাকশিংবু অস্থুম্না তাক্লি—

যাতযামং গতরসং পূতি পর্য্যুষিতং চ যৎ।
উচ্ছিষ্টমপি চাহমেধ্যং ভোজনং তামসপ্রিয়ম্ ॥ ১০ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — যাতযামং = থোং বা লোইবা কুইরবা মরম্না য়াম্না ঈংলবা, গতরসং — মহী য়াওদবা (কংলবা), পুতি = অপুম্বা পর্য্যুষিতং চ = অহিং লেম্না থম্নবা অথোংবা পোৎ উচ্ছিষ্টং = চাবদগী লেমহৌবা (লুখাক) অমেধ্যং চ অপি — অহুগা লাইদস্থু কংপা য়াদবা (অমাংবা), যৎ ভোজনং — অহুগুম্বা চীজাক অহু তামসপ্রিয়ম — তমোগুণ লৈবা মীশিংগী অপাম্বা ওই ॥ ১০ ॥

**অপুনবা অর্থ** — থোংবা লোইবা কুইরবা মরমদগী ঈংলবা মহী য়াওদবা অকংবা, অপুম্বা, অহিং লেম্নবা অথোংবা পোৎ লুখাক লাইদা কংপা য়াদবা অমাংবা পোৎ, অহুগুম্বা চীজাকশিং তমোগুণ লৈবা মীশিংগী অপাম্বা ওই ॥ ১০ ॥

হৌজিক মখল অহুমগী যজ্ঞবু অস্থুম্না তাক্লি—

অফলাকাংক্ষিভির্যজ্ঞো বিধিদৃষ্টো য ইজ্যতে।
যষ্টব্যমেবেতি মনঃ সমাধায স সাত্ত্বিকঃ ॥ ১১ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা**:— যষ্টব্যম্ এব — যজ্ঞ তৌবসি ঐগী ঈথৌমক্নি, ইতি মন সমাধায় = অস্থুম্না পুক্নীংদা চপ যুংনা লেপ্লগা, অফলাকাংক্ষিভ — যজ্ঞ অহুগী মহে পাম্বা তৌদবা মীশিংনা, বিধিদৃষ্ট = শাস্ত্রনা তাকপা নিয়মগী মতুংইন্না, য যজ্ঞ ইজ্যতে — যজ্ঞ অহুবু তৌই, স সাত্ত্বিক — অহুগুম্বা যজ্ঞসি সাত্ত্বিক যজ্ঞনি (সত্ত্বগুণদগী তৌবা যজ্ঞনি) ॥ ১১ ॥

**অপুনবা অর্থ** — যজ্ঞসি ঐনা তৌকম থোকই অস্থুম্না পুক্নীংদা চপ যুংনা লেপ্লগা যজ্ঞহুগী মহে পাম্বা তৌদবা মীশিংহুনা শাস্ত্রনা তাকপা নিয়ম কায়দনা যজ্ঞ অহুবু তৌই, অহুগুম্বা যজ্ঞ হু সাত্ত্বিক যজ্ঞনি ॥ ১১ ॥

রাজস যজ্ঞগী যজ্ঞবু অস্থুম্না হায়রি—

অভিসন্ধায তু ফলং দম্ভার্থমপি চৈব যৎ।
ইজ্যতে ভরত শ্রেষ্ঠ তং যজ্ঞং বিদ্ধি রাজসম্ ॥ ১২ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — ভরত শ্রেষ্ঠ=ভরতকী শাগৈদা লোকপা অথোইবা হে অর্জ্জুন ! ফল, অভিসন্ধায় তু=মহৈ ফংবগীদমক পুক্নীংদা মীংঙুনা অপি=অদুগা দম্ভার্থম এব=মশাবু ধর্ম্ম লৈবা মীনি হায়বা উৎনবগীদমক যৎ ইজ্যতে=শাস্ত্রগী নিয়ম মতুং ইন্না তৌরিবা, তৎ যজ্ঞ=যজ্ঞ অদুবু রাজস, বিদ্ধি=রজোগুণদগী তৌবনি খঙউ ॥ ১২ ॥

অপুনবা অর্থ ঃ— ভরত শাগৈদা অথোইবা হে অর্জ্জুন ! মহৈ ফংগে মীংঙুনা অদুগা মশাবু ধর্ম্ম লৈবনি উকে হায়বগীদমক শাস্ত্রগী নিয়ম কাংদনা তৌরিবা যজ্ঞদু রজো গুণদগী তৌবনি খঙউ ॥ ১২ ॥

হৌজিক তামস যজ্ঞবু অস্নুম্না তাক্লি—

বিধিহীনমসৃষ্টান্নং মন্ত্রহীনমদক্ষিণম্ ।
শ্রদ্ধাবিরহিতং যজ্ঞং তামসং পরিচক্ষতে ॥ ১৩ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** ঃ— বিধিহীনম =শাস্ত্রনা তাকপা নিয়মশিংগী মতু ইন্না তৌদবা অসৃষ্টান্নম = অন্নদান তৌদুনা ব্রাহ্মণ মচিংবু চাক ঈশিং পীজ পীথক্তবা, মন্ত্রহীনম =স্বর অমসুং ময়েক ওন্না তৈনবা থীদুনা বেদগী মন্ত্র শোল্লিবা, অদক্ষিণম =শাস্ত্রনা তাকপা মতু ইন্না মতীক চাবা দক্ষিণা পীদবা শ্রদ্ধাবিরহিতম—মথু তৌবদা অদুক হাক্লা থাজবা তৌদবা অমসুং অতোপ্পনা তৌবা উবদগী তৌগে খন্দুনা তৌবা যজ্ঞং তামস পরিচক্ষতে=যজ্ঞদু তামসনি ( তমোগুণদগী ওইবা যজ্ঞনি ) অস্নুম্না অথঙবা মীশিংনা হায় ( মসিদা হায়রিবা বিশেষণশিংসি পুন্না যজ্ঞ অমদা লৈত্রবসু অমত্তং ফাওবা লৈরবদি মদু তামস যজ্ঞনি হায়বা খঙগদবনি ॥ ১৩ ॥

অপুনবা অর্থ ঃ— শাস্ত্রনা তাকপা নিয়ম মতুং ইন্না তৌদবা ব্রাহ্মণ মচিংবু চাক ঈশিং পীজ পীথক্তবা স্বর অমসুং ময়েক ওন্না তৈনবা থীদুনা বেদগী মন্ত্র শোল্লিবা শাস্ত্রনা তাকপা মতুং ইন্না হোমবা দক্ষিণা পীদবা অমসুং শ্রদ্ধা য়াওদবা তৌবা যজ্ঞদুবু তামসনি অস্নুম্না অথঙবা মীনা হায় ॥ ১৩ ॥

হৌজিক হকচাং মচিংবা তৌবা তপগী মথল অহুমবু শ্লোক অহুম্না তাক্লি—

দেবদ্বিজ গুরুপ্রাজ্ঞ পূজনং শৌচমার্জবম্ ।
ব্রহ্মচর্য্যমহিংসা চ শারীরং তপ উচ্যতে ॥ ১৪ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** ঃ— দেব দ্বিজ গুরু প্রাজ্ঞ পূজনম্=দেবতা ( ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহাদেব মচিংবা লাইশিং ), দ্বিজ ( ব্রাহ্মণ ) গুরু ( ইমা ইপা আচার্য্য মচিংবা ), প্রাজ্ঞ অখঙ-অহৈ ( পণ্ডিত ) মখোয় পুম্নমকসিগী খুরুম্নচিংবা পূজা তৌবা, শৌচম — লৈপাক ঈশিং মচিংবনা হকচাংবু শেংদোকপা,

আর্জবম—শাস্ত্রনা থৌ তাকপা থবকশিং তৌবা, তৌগনু হায়বা থবকশিং তৌদবা ( মসি হকচাংগী অক্ৎবা লমচৎশি ), ব্রহ্মচর্য্যম=শাস্ত্রনা খিংবা মুপী মহা শম্নদবা অমসুং যুম পানবা মীনা খতুগী মতমদা মাগী নুপীগা তিন্নবা অহিংসা চ=অহুগা হকচা না কনাগুম্বা জীব অমত্তবু অরাবা পীদবা শারীর্ং তপ উচ্যতে—মসি পুম্নমকসি হকচাংনা তৌবা তপশি অম্নুম্না হায়নৈ ॥ ১৪ ॥

অপুনবা অর্থ :— দেবতাশিংগী, ব্রাহ্মণশিংগী, গুরুশিংগী অমসুং পণ্ডিতশিংগী খুরুম্নমচিংবা পূজা তৌবা লৈপাক ঈশিং না হকচাং শেং দোকপা শাস্ত্রনা তাকপা থবক তৌবা অমসুং শাস্ত্রনা খিং বা থবক তৌদবা, ব্রহ্মচর্য্য ঙাক্তুনা লৈবা অমসুং হকচাংনা কনাগুম্বা জীব অমত্তবু অরাবা পীদবা মসি পুম্নমকসি হকচাংগী তৌবা তপশি অম্নুম্না হায়নৈ ॥ ১৪ ॥

বাঙাঙনা তৌগদবা তপ পু অম্নুম্না লায়রি—

অনুদ্বেগকরং বাক্যং সত্যং প্রিযহিতঞ্চ যৎ ।
স্বাধ্যাযাভ্যসনং চৈব বাঙ্ময়ং তপ উচ্যতে ॥ ১৫ ॥

অন্বয ব্যাখ্যা —অনুদ্বেগকরম—কনাগুম্বা মী অমত্তগীসু পুক্নী মাহন্দবা ( পুক্নীং খোয়শাউবা পোকহন্দবা ) সত্যং=অচুম্বা প্রিয়হিত চ=নুংশিবা অমসুং কান্নবা ওইগদবা যৎ বাক্যং=বাহৈ অহ স্বাধ্যায়াভ্যসন চ এব—অহুগা বেদমচিংবা লাইরিকশিং পাহুনা লৈবা—স্তোত্র, ( গোপাল সহস্রনামমচিংবগী ) পঠ নিয়ম কায়দনা তৌবা মসি পুম্নমকসি, বাঙময় তপ উচ্যতে=বাঙাঙদগী ওইবা তপশি হায়নৈ ॥ ১৫ ॥

অপুনবা অর্থ °— কনাগুম্বা মী অমত্তগীসু পুক্নী মাহন্দবা, অচুম্বা, নুংশিবা কান্নগদবা বাহৈ ( বাঙাঙ ) অহ, অহুগা বেদ পাঠ স্তোত্রমচিংবগী পাঠ তৌহুনা লৈবা, মসি পুম্নমকসি বাঙাঙদগী ওইবা তপশি হায়নৈ ॥ ৫ ।

মননা ( পুক্নীংনা ) তৌবা তপপু অম্নুম্না তাক্লি—

মনঃ প্রসাদঃ সৌম্যত্বং মৌনমাত্মবিনিগ্রহঃ ।
ভাবসংশুদ্ধিরিত্যেতৎ তপো মানসমুচ্যতে ॥ ১৬ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — মন প্রসাদ=পুক্নীং তরু তরুনা থম্বা সৌম্যত্বম=পুক্নীং মকালাম্না থম্বা, মৌনম—বাঙাঙনা থাদোক্তুনা আত্মাগী ধ্যান ( চিন্তন ) তৌহুনা লৈবা আত্মবিনিগ্রহ —বিষয়শিংদগী পুক্নীংবু কাক্তিন্দুনা সমাধিদা লৈবা, ভাবসংশুদ্ধি=হীরম খুদিংমক্ত পুকচেল শেংদোক্তুনা থম্বা, ইতি এতৎ—মসি পুম্নমকসি, মানসং তপ উচ্যতে=মনদা ( পুক্নীংদা ) ওইগদবা তপশি হায়নৈ ॥ ১৬ ॥

অপুনবা অর্থ ঃ— পুক্নী, তক্ন-তক্ননা থম্বা, পুক্নীং মকা লায়না থম্বা, বা ঙাঙদনা আত্মাগী ধ্যান তৌবা, পুক্নী, কাজিন্দনা সমাধিদা লৈবা পুকচেল শেংবা শেংবা থম্বা, মসি পুম্নমকসি পুক্নীংগী তপনি হায়বনি ॥ ১৬ ॥

মতৌ অসুম্না কায়িক (হকচাং) বাচিক (বাঙাঙ) অমসুং মানসিক (পুক্নীং) তপ অহুম তাক্লগা হৌজিক তপ অহুগী সাত্ত্বিক বচিংবা মখল অহুমবু অসুম্না হায়রি—

শ্রদ্ধয়া পরয়া তপ্তং তপস্তৎ ত্রিবিধং নরৈঃ ।
অফলাকাংক্ষিভির্যুক্তৈঃ সাত্ত্বিকং পরিচক্ষতে ॥ ১৭ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — অফলাকাংক্ষিভি = কয়িগুম্বা মহৈ অমত্ত পামদবা যুক্তৈঃ নরৈঃ = অমসুং পুক্নীং লাকশিন্দুবা থম্নবা মীশিংনা পরয়া শ্রদ্ধয়া = থোইদোক হেন্দোক্লা থাজবগা লোয়ননা তপ্তং তৎ ত্রিবিধং তপ = মথক্তা হায়খিবা কায়িক বাচিক অমসুং মানসিক মখল অহুমগী তপ অসিবু তৌই সাত্ত্বিক পরিচক্ষতে — মহুবু সাত্ত্বিক (সত্ত্বগুণদগী ওইবা) তপ কৌই ॥ ১৭ ॥

অপুনবা অর্থ .— কয়িগুম্বা মহৈ অমত্ত পামদবা অমসুং পুক্নীং লাকশিন্দুবা থম্নবা মীশিংবা থোইদোক হেন্দোক্লা থাজবগা লোয়ননা মথক্তা হায়খিবা তপশিং, হায়বদি কায়িক বাচিক অমসুং মানসিক মখল অহুমগী তপসিবু তৌই, মহুবু সত্ত্বগুণদগী ওইবা তপ কৌই ॥ ১৭ ॥

হৌজিক রাজস তপপু অসুম্না হায়রি —

সৎকারমানপূজার্থং তপো দম্ভেন চৈব যৎ ।
ক্রিয়তে তদিহ প্রোক্তং রাজসং চলমধ্রুবম্ ॥ ১৮ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— সৎকার মান পূজার্থম = অকবনি হায়হনবা, ঈকায় খুম্নহনবা অমসুং পূজা তৌহনবগীদমক দম্ভেন এব চ — অহুগা মশাবু ধর্ম্ম লৈবনি অসিনচিংবা খঙহনবগী মরম ওইনা, যৎ তপ ক্রিয়তে = তপ অহু তৌই, তৎ = অহুগুম্বা তপ অহু ইহ = সংসারসিদা চলম অধ্রুবম রাজসং প্রোক্তম = মতম খরগীদমক্তনি অয়েপ্পা মহৈ লৈতবনি অমসুং রাজসনি (রজোগুণদগী ওইবনি) অসুম্না হায়রে ॥ ১৮ ॥

অপুনবা অর্থ .— অকবনি হায়হনবা, ঈকাই খুম্নহনবা অমসুং পূজা তৌহনবগীদমক অহুগা মশাবু ধর্ম্ম লৈবনি অসিনচিংবা খঙহনবগী মরম ওইনা তপ অহু তৌই, অহুগুম্বা তপ অহু সংসারসিদা মতম খরগীদমক্তনি অয়েপ্পা মহৈ লৈতবনি অমসুং রাজসনি (রজোগুণদগী ওইবনি) অসুম্না হায়বনি ॥ ১৮ ॥

তামস তপপু অসুম্না তাক্লি—

মূঢগ্রাহেণাত্মনো যৎ পীডয়া ক্রিযতে তপঃ।

পরস্যোৎসাদনর্থং বা তত্তামসমুদাহৃতম ॥ ১৯ ॥

**অন্বয ব্যাখ্যা:**— মূঢগ্রাহেণ=অক ফত্ত করিমত্ত খন্দবা ফত্তবা মীহুৎনা আত্মন পীডয়া =মশাবু অৱা অৱা পীহুৎনা পরস্য উৎসাদনার্থ, বা=নত্রগা অতোপ্পগী (য়েক্রুবনচিংবগী) মাঙহন তাকহন্নবগীদমক যৎ তপ ক্রিযতে=অভিচারনচিংবা তপ তৌই, তৎ তামস, উদাহৃতম = মহুবু তামস (তমোগুণগী ওইবা) তপনি হায়'ৱ ॥ ১৯ ॥

**অপুনবা অর্থ** — অক ফত্ত করিমত্ত খন্দবা মী অহুৎনা মশাবু ৱাহন্দুনা নত্রগা অতোপ্পগী মাঙহন তাকহন্নবগীদমক অভিচার নচিংবা তপ তৌই মহুবু তমোগুণদগী ওইবা তপনি হায়রৈ ॥১৯॥

মতৌ অসুম্না তপগী মরমদা হায়রগা হৌজিক দানগী মরমদা অসুম্না তাক্লি।

দাতব্যমিতি যদ্দানং দীযতেহনুপকারিণে।

দেশে কালে চ পাত্রে চ তদ্দানং সাত্বিকং স্মৃতম্ ॥ ২ ॥

**অন্বয ব্যাখ্যা:**— দাতব্যম ইতি=দান শোয়দনা তৌফম থোকই হায়রসি পুক্নীংদা লেপ্লগা অনুপকারিণে=লমন খুমলোইদবা মীগীদমক, দেশে=তীর্থনচিংবা মতীক চাবা মফমদা কালে চ =অমসুং সংক্রান্তি নচিংবা অফবা মতমদা, পত্রেচ=অহুৎগা সাধু ব্রাহ্মণনচি বা মতীক চাবা মীদা যৎ দান দীয়তে=দান অহু তৌই তৎ দান, সাত্বিক, স্মৃতম = অহুৎগুম্বা দান অহু সাত্বিকনি (সত্বগুণদগী ওইবনি) খঙগদবনি ॥ ২০ ॥

**অপুনবা অর্থ** — দান শোয়দনা তৌফম থোকই হায়না পুক্নীংদা লেপ্তুনা লমন খুমলোইদবা মীগীদমক তীর্থনচিংবা অশেংবা মফমদা, স ক্রান্তিনচিংবা অফবা মতমদা অমসুং সাধু ব্রাহ্মণনচিংবা মতীক চাবা মীদা দান তৌই, অহুৎগুম্বা দান অহু সত্বগুণদগী ওইবা দাননি খঙগনি ॥২ ॥

ৱাজস দানবু অসুম্না হায়রি -

যৎ তু প্রত্যুপকারার্থং ফলমুদ্দিশ্য বা পুন ।

দীযতে চ পরিক্লিষ্টং তদ্দানং রাজসমুদাহৃতম্ ॥ ২১ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা:**— যৎ তু=দান অহু, পুন প্রত্যুপকারার্থম=অমুক হন্না লমল খুমহল্লক্রুবগী দমক ফল, উদ্দিশ্য বা=নত্রগা মহৈ অমবু লৌহুৎনা, পরিক্লিষ্ট, চ=অমসুং য়াম্না ৱাৱা খল্লুনা (অসুক য়াম্না শেলসিবু কয়ম্না দান তৌথোক্কনি অসিনচিংবা ৱাখল তৌহুৎনা), দীয়তে=পী (দান তৌই), তদ্দানং=অহুৎগুম্বা দান অহু, ৱাজসম্ উদাহৃতম=ৱাজস (ৱজোগুণদগী ওইবা) কৌই ॥ ২১ ॥

**অপুনবা অর্থ:**— দান অহু অমুক হন্না লমল খুমহল্লক্রুবগীদমক নত্রগা করিগুম্বা মহৈ অমা লৌহুৎনা (ফংনীংহুবা) য়াম্না ৱাৱা খল্লগা পী (তৌই), অহুৎগুম্বা দান অহু ৱজোগুণদগী ওইবা কৌই ॥ ২১ ॥

হৌজিক তামস দানবু অসুম্না তাক্লি—

অদেশকালে যদ্দান মপাত্রেভ্যশ্চ দীয়তে।
অসৎকৃতমবজ্ঞাতং তৎ তামসমুদাহৃতম্ ॥ ২২ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা :— অদেশ কালে = মতীক চাদবা ( ফত্তবা ) মফম অমসুং, মতমদা অপাত্রেভ্য চ—দান পীবদা মতীক চাদবা মীশিংগীদমক, যৎ দানং, দীয়তে = দান অদু পী ( অদুগা অফবা মফম, মতম অমসুং, দান লৌবা মতীক চাবা মী লৈরবসু ) অসৎকৃতং — নীংথি নুংঙাইবা রাঙাং ঙাংদনা অবজ্ঞাতং = উশিং থোওইদনা দান পী, তৎ = অদুগুম্বা দান অদু তামসং উদাহৃতম — তমোগুণদগী ওইবা কৌই ॥ ২২ ॥

অপুনবা অর্থ :— মতীক চাদবা ( ফত্তবা ) মফম অমসুং, মতমদা অদুগা দান পীবদা মতীক চাদবা মীশিংগীদমক দান অদু পী অদুগা মতীক চাবা মফম মতম অমসুং মতীক চাবা দান লৌবা মী ফংলবসু নীংথি নুংঙাইবা রাঙাং ঙাংদনা অমসুং উশিং থোওইদনা দানদু পী ( তৌই ) অদুগুম্বা দান অদু তমোগুণদগী ওইবা কৌই ॥ ২২ ॥

অথূপ্পা বা

মসিদা ভগবান্না তাক্লিবা অসিগী মরমদি—রাজস অমসুং তামস ওইবা তপ দান মচিংবা থাদোক্লগা সাত্ত্বিক ওইবা তপ দান মচিংবা তৌদুনা লৈনবা হোৎনগদবনি মদুতদা য়াইফবা ফংগনি হায়রবনি ॥ ২২ ॥

চীঙ্গাক, যজ্ঞ, তপ অমসুং দান মখোয়শিং অসিগী সাত্ত্বিকমচিংবা খেন্নবা তাক্লুনা সুপ্পা সাত্ত্বিক ওইবা চীঙ্গাকমক চানবা অদুগা যজ্ঞ তপ অমসুং দানসু সাত্ত্বিক ওইবা অদুতমক তৌগদবনি হায়রবসি তাকখ্রে। হৌজিক সাত্ত্বিক ওইবা যজ্ঞ, তপ অমসুং দান তৌবদসু অশোয় অঙাম দোষ লাকপা য়াই, দোষ লাক্লবদি মদুগী মহৈ নীংথিনা ফংবা ঙমদে। মরম অসিনা দোষ অদু লাক্লনবগীদমক প্রায়শ্চিত্ত ওইবা শোম্নবা ব্রহ্মগী মিং "ওঁ তৎ সৎ" অহুমসিবু ভগবান্না তাক্লি—

ওঁ তৎ সদিতি নির্দ্দেশো ব্রহ্মণস্ত্রিবিধঃ স্মৃতঃ।
ব্রাহ্মণাস্তেন বেদাশ্চ যজ্ঞাশ্চবিহিতাঃ পুরা ॥ ২৩ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — ব্রহ্মণ = পরমাত্মা ব্রহ্মগী, ও তৎ সৎ ইতি = ওঁ তৎ সৎ অসুম্না, ত্রিবিধ নির্দ্দেশ স্মৃত = মথল অহুমগী মিং বেদমচিংবা শাস্ত্রদা মহর্ষিশিংনা তাক্লি, তেন = মদুনা মরম ওইদুনা ( মিং অহুম অসিনা মরম ওইদুনা ), পুরা = মমাংঙৈদা ( লৈশেম্বা মতমদা ) প্রজাপতি

ব্রহ্মানা, ব্রাহ্মণা = যজ্ঞ তৌবা ( কর্ত্তা ) ব্রাহ্মণ ক্ষেত্রিয় অমসুং বৈশ্য, বেদাশ্চ = যজ্ঞহুদা শোন্নবা ঋগ, যজু সাম অমসুং অর্থবগী মন্ত্রশিং, যজ্ঞাশ্চ, = অদুগা মথল মথা অয়াম্বা যজ্ঞগী মশক ওইবা কর্ম্মশিংবু বিহিতা: = শেমখি ॥ ২৩ ॥

অপুনবা অর্থ — পরমাত্মা ব্রহ্মগী "ও তৎ সৎ" অসুম্না মথল অহুমগী মিং বেদমচিংবা শাস্ত্রদা তাক্লি। মিং অহুম অসিনা মরম ওইদুনা নৈশেম্বা মতমদা প্রজাপতি ব্রহ্মানা যজ্ঞগী অতৌবা ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয় অমসুং বৈশ্য, যজ্ঞহুদা শোন্নবা বেদগী মন্ত্রশিং যজ্ঞগী মশক ওইবা কর্ম্মশি শেমখি।

অথুপ্পা বা

শাস্ত্রনা তৌ হায়না তাকপা যজ্ঞ, তপ দান অসিমচি বা ঐখোয়না সাত্বিক ভাবতা তৌরবসু মহুদা অয়ান অহুই দোষ শোয়দনা লাকপা য়াই দোষ অদু লাক্লবদি মন্ত্রগা ওইরবদি মখোয়গী মহৈ অদু মীংথিনা ফংবা য়াদে। মরম অসিনা দোষ অদু কোক্লবগীদমক যজ্ঞ তপ, দান চিংবা কর্ম্মশিংদু তৌদ্রিঙৈগী মমাঙমক্তদা য়াম্না শেংলবা ব্রহ্মগী মিং "ওঁ তৎ সৎ" অসিবু শোন্নগা কর্ম্ম অদু তৌবা হৌগদবনি। মহুম্না তৌরবদি কর্ম্ম অদুদা শোয়-ভাম্বা থরদ থোক্লবসু দোষ অমত্ত ল্যাক্লোই, মদুগী মহৈ মীংথিনা ওইগনি। করিগুম্বা থবক অমা তৌদ্রিঙৈগী মমাঙদা পরমাত্মাগী মিং অমা লৌদুনা শোন্নগা থবক অদু হৌবা য়াম্না কৈ। মরম অসিনা শ্লোক অসিগী অর্থ তৌবা মতমদা স্বামী মধুসূদন সরস্বতীজীনা পুরাণদগী লৌদুনা শ্লোক অমা অসুম্না ইরম্মি—

প্রমাদাৎ কুর্ব্বতাং কর্ম্ম প্রচ্যবেতাধ্বরেষু যৎ।
স্মরণাদেব তদ্বিষ্ণো. সমপূর্ণং স্যাদিতি শ্রুতি ॥

"কর্ম্ম তৌবা মীশিংগী থৌওইদবদগী মখোয়না তৌরিবা যজ্ঞশিং অদুদা করিগুম্বা অশোয় অঙাম লাকপা থোক্লবদি বিষ্ণু ভগবানগী মিং লৌদুনা ( শোন্দুনা ) মীংশিংজবমক্তদা কর্ম্মদু মপুং ফায় হায়বসি শ্রুতিনা তাক্লি।"

মরম অসিনা মফম অসিদসু শ্রীভগবানা যজ্ঞ, তপ, দান মচিংবা কর্ম্ম তৌবদা অহানবদা "ওঁ তৎ সৎ" হায়বা ব্রহ্মগী মিংসিবু শোন্নগদবনি হায়না তাক্লি; মহেম্না তৌরবদি করিগুম্বা কর্ম্ম অমদা দোষ অমত্ত লাক্লোই। অদুগা "ওঁ তৎ সৎ" অসিবু ব্রহ্মগী মিংনি হায়বসিদি শ্রুতিনা অসুম্না তাক্লি—"ওমিতি ব্রহ্ম" ( তৈ উ ১ | ৮ | ১ )— "ওঁ অসি ব্রহ্মনি।" "তত্ত্বমসি" ( ছা উ ৬ | ৮ | ১ )— "তৎ হায়বদি ব্রহ্মদু নঙনি।" "সদেব সোম্যেদমগ্র আসীৎ" ( ছা উ ৬।২।১ ) —"ভুরি-থঙলিবা পুম্নমকসি নৈশেমদ্রিঙৈগী মমাঙদা ( মহাপ্রলয়গী মতমদা ) সৎ ব্রহ্ম ওইনা লৈরম্মি।" মরম অসিনা করিগুম্বা থবক অমা তৌপে হৌগৎলকপদা "ওঁ তৎ সৎ" হায়বা ব্রহ্মগী

মি৲সিবু অকাউবা লৈতবা শোয়দবা শোনগদবনি, মহুম্না তৌরবদি থবক অহুদা দোষ অমত্ত লাক্লোই ॥ ২৩ ॥

"ও তৎ-সৎ" অস্মুম্না ব্রহ্মগী মি৲ অহুমসিবু পুম্না শোন্দুনা শীজিন্নবগী মহৈ তাক্লগা হৌজিক তোঙান তোঙানা শীজিন্নবগী মহৈবু শ্লোক মরিনা তাকনি। মহুদা "ওঁ" হায়বা মি৲ অসিগী শীজিন্নববু অহানবদা অস্মুম্না তাক্লি—

তস্মাদোমিত্যুদাহৃত্য যজ্ঞ দান তপঃ ক্রিয়া ।
প্রবর্ত্তন্তে বিধানোক্তাঃ সততং ব্রহ্মবাদিনাম্ ॥ ২৪ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা :— তস্মাৎ = মরম অহুদগী ( "ওমিতি ব্রহ্ম" ) "ও অসি ব্রহ্মনি" অস্মুম্না শ্রুতিনা ওঁ বু ব্রহ্মনি হায়না তাকপা মরমদগী ), ব্রহ্মবাদিনাম = বেদনা তাকপা পাউতাকী মতু৲ইন্না চৎপা মীশিংগী, বিধানোক্তা — শাস্ত্রনা নিয়ম তাকুনা হায়বা যজ্ঞ-দান-তপ ক্রিয়া — যজ্ঞ, দান, তপ অসিনচি৲বা কর্ম্ম পুম্নমক, সততম = মতম পুম্নমক্ত, ও ইতি উদাহৃত্য প্রবর্ত্তন্তে = অহানবদা ওঁ অস্মুম্না শোল্লগা তুংদা ( থবক অহু ) তৌবা হৌই ॥ ২৪ ॥

অপুনবা অর্থ :— ওঁ অসিবু শ্রুতিনা ( বেদনা ) ব্রহ্মনি হায়না তাকপা মরমদগী বেদনা তাকপা পাউতাক মতু৲ইন্না চৎপা মীশি৲গী শাস্ত্রনা নিয়ম তাকুনা হায়বা যজ্ঞ, দান, তপ অসিন চি৲বা কর্ম্ম পুম্নমক মতম পুম্নমক্ত অহানবদা ও অস্মুম্না শোল্লগা তৌবা হৌই ॥ ২৪ ॥

হৌজিক ব্রহ্মগী অনীশুবা মি৲ "তৎ" অসিগী শীজিন্নবা মওঙবু অস্মুম্না তাক্লি—

তদিত্যনভিসন্ধায় ফলং যজ্ঞ তপঃ ক্রিয়া ।
দানক্রিয়াশ্চ বিবিধাঃ ক্রিয়ন্তে মোক্ষকাংক্ষিভিঃ ॥ ২৫ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা :— তৎ ইতি ( উচ্চার্য্য ) = "তত্ত্বমসি" অসিনচি৲বা শ্রুতিশি৲না তাকপা ব্রহ্মগী "তৎ" হায়বা মিংসিবু শোল্লগা, মোক্ষকাংক্ষিতি = মোক্ষবু পাম্বা মীশি৲না, ফল৲ অনভিসন্ধায় — মহৈ পাম্বা তৌদনা, যজ্ঞ তপ ক্রিয়া — যজ্ঞগী থবক অমম্সু৲ তপগী থবকশিংবু, চ—অহুগা, বিবিধা দান ক্রিয়া — মথল মথা অয়াম্বা দানগী থবকশি৲বু ( লৈপাক দান যল দান, লুপা দান, সনা দান অসিনচি৲ববু ), ক্রিয়ন্তে — তৌই ॥ ২৫ ॥

অপুনবা অর্থ — ব্রহ্মগী "তৎ" হায়বা মি৲সিবু অহানবদা শোল্লগা মোক্ষ পাম্বা মীশিংনা মহৈ পাম্বা তৌদনা—যজ্ঞগী থবক তপস্যাগী থবকশি৲বু অহুগা মথল মথা অয়াম্বা দানগী থবকশিংবু তৌই ॥ ২৫ ॥

হৌজিক ব্রহ্মগী অহুমশুবা মি৲ "সৎ" অসি করম্না শীজিন্নবগে হায়বদু অস্মুম্না তাক্লি—

**সদ্ভাবে সাধুভাবে চ সদিত্যেতৎ প্রযুজ্যতে।**
**প্রশস্তে কর্ম্মণি তথা সচ্ছব্দঃ পার্থ যুজ্যতে॥ ২৬॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা :**—পার্থ—পৃথাগী (কুন্তীগী) মচা হে অর্জ্জুন। সদ্ভাবে—করিগুম্বা পোৎ অমবু লৈ হায়বা খঙহনবদা, চ—অমসুং, সাধুভাবে=করিগুম্বা হীরম অমবু কৈ হায়বা তাকপদা, সৎ ইতি এতৎ=ব্রহ্মগী অহুমশুবা মিং 'সৎ হায়বা ৱাহৈ অসিবু, প্রযুজ্যতে=শীজিন্নৈ, তথা=মতৌ অদুম্মা, প্রশস্তে কর্ম্মণি=য়াইফবা ফংগদবা অফবা থবক্তী মরমদসু সৎ শব্দ যুজ্যতে="সৎ" হায়বা ৱাহৈ অসি (সৎ কর্ম্মনি অসুম্মা) শীজিন্নৈ॥ ২৬॥

**অপুনবা অর্থ :**— পৃথাগী মচা হে অর্জ্জুন। করিগুম্বা পোৎ অমবু লৈ হায়না খঙহনবদা অমসুং করিগুম্বা হীরম অমবু কৈ হায়বা তাকপদা ব্রহ্মগী অহুমশুবা মিং "সৎ" হায়বা ৱাহৈ অসিবু শীজিন্নৈ। মতৌ অদুম্মা য়াইফবা ফংগদবা অফবা থবক্তী মরমদসু "মসি সৎ কর্ম্মনি" অসুম্মা "সৎ" হায়বা ৱাহৈ অসি শীজিন্নৈ॥ ২৬॥

হৌজিক অতোপ্পা মখল অমা ওইনা "সৎ" অসিগী শীজিন্নববু অসুম্মা তাক্লি—

**যজ্ঞে তপসি দানে চ স্থিতিঃ সদিতি চোচ্যতে।**
**কর্ম্ম চৈব তদর্থীয়ং সদিত্যেবাভিধীয়তে॥ ২৭॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা :**— যজ্ঞে—যজ্ঞ তৌবদা, তপসি=তপ তৌবদা, দানে চ=অমসুং দান তৌবদা, স্থিতি=য়াম্না থাজবা লৈবা কীতমহুবু সৎ ইতি চ উচ্যতে—"সৎ" নি (য়াম্না ফজবা লমচৎনি) অসুম্মা হায়রৈ, চ—অদুগা, তদর্থীয়ং কর্ম্ম এব=পরমাত্মাগীদমক্ত তৌরিবা কর্ম্ম (থবক) অদুবুসু, সৎ ইতি এব অভিধীয়তে="সৎনি" (য়াম্না ফবনি) অসুম্মক অখণ্ড অহৈশিংনা হায়রৈ॥ ২৭॥

**অপুনবা অর্থ** — যজ্ঞ তৌবদা, তপ তৌবদা অমসুং দান তৌবদা য়াম্না থাজনা লৈবা কীতমহুবু "সৎ" নি (য়াম্না ফজবা লমচৎনি) অদুম্মা হায়রৈ, অদুগা পরমাত্মাগীদমক্ত তৌরিবা থবক অদুবুসু "সৎ" নি (য়াম্না ফবনি) অসুম্মক অখণ্ড অহৈশিংনা হায়রৈ। ২৭॥

## অথূপ্পা বা

শ্লোক ২৪ দগী ২৭ ফাওবা শ্লোক মখিসিনা পরমাত্মা ব্রহ্মগী "ওঁ তৎ সৎ" হায়বা মিং অহুম সিগী তোঙান তোঙান্না কয়ম তৌনা মীনা শীজিন্নৈ হায়বহু তাকই। পরমাত্মাগী মিং অহুমসিগী মঙ্গুংদা "ওঁ" হায়বা মিং অসিনা নিগুণ (গুণ লৈতবা) অমসুং নিরাকার (মওঙ লৈতবা) পরব্রহ্মবু আধ্যাত্মিক আত্মাগী মশক ওইনা খঙহন্নী, অদুগা "তৎ" হায়বা পরমাত্মাগী মিংসিনা আধিদৈবিক নিরাকার (মওঙ লৈতবা) অমসুং সগুণ (গুণ লৈবা) ব্রহ্মগী মশক ওইবা সর্ব্ব

শক্তিমান পুরুষমক তৌবা ওস্না ঈশ্বরবু খঙহল্লী। মতৌ অহুম্না "সৎ" হায়বা মিং অসিনা আধি-ভৌতিক সাকার (মওঙ্ লৈবা) অমসুং সগুণ (গুণ লৈবা) বিরাট্‌কী মশক ওইবা পরমাত্মাবু খঙহল্লী। মরম অসিনা জ্ঞানী ওইবা যোগীশিংনা "ওঁ" অসুম্না ধ্যান তৌদুনা পরব্রহ্মবু মশাগী আত্মাগী মশক ওইনা শংশঙনা খঙই। "তৎ" হায়বা মিংসিনা শংশঙনা খঙবা ঙমদবা অমসুং শীরথু না লৈবা ঈশ্বর লৈ হায়বসি তাকই। অহুগা "সৎ—(লৈ) হায়বা মিসিনা তাইবঙ পুম্বক্কী মশক ওইনা কোঙদোক্লুনা লৈরিবা বিরাট ভগবানবু শংশঙনা তাকই। অসিগুম্না পরমাত্মাগী মি অহুমসিবু অমমমদা ওইনা করিগুম্বা থবক অমা হৌত্রিঙৈগী মমাঙদা শীজিন্নরবস্তু থবক অদু য়াইফনবগী মশক ওইরবদি পুম্না পরমাত্মাগী মিং "ওঁ তৎ সৎ" অহুমসিবু শীজিন্নরবদি থারদগী অথোইবা য়াইফনবগী মশক ওইবা থবক তাক ওইগনি হায়বসিদা করি অমুক চিংনকম লৈগনি হায়না বাসিবু শ্রীভগবান্না মকম অসিদা নীংথিনা খঙহল্লি ॥ ২৭ ॥

ধার্ম্মিক ওইবা থবক পুম্বমকপু শ্রদ্ধাগা লোয়ননা (য়াম্না থাজনা আস্তিক বুদ্ধি তৌদুনা) তৌগদবনি শ্রদ্ধা য়াওদনা তৌবা করিগুম্বা থবক অমত্ত মহৈ য়াদ্দে হায়বসিবু তাক্লুনা শ্রীভগবান্না অধ্যায়সিগী অরোইবদা অসুম্না হায়রি—

অশ্রদ্ধয়া হুতং দত্তং তপস্তপ্তং কৃতঞ্চ যৎ।
অসদিত্যুচ্যতে পার্থ ন চ তৎ প্রেত্য নো ইহ॥ ২৮ ॥

ইতি শ্রীমদ্ভগবদ্গীতাসূপনিষৎসু ব্রহ্মবিদ্যায়াং যোগশাস্ত্রে শ্রীকৃষ্ণার্জ্জুনসম্বাদে
শ্রদ্ধাত্রয়বিভাগযোগো নাম সপ্তদশোঽধ্যায়ঃ ॥ ১৭ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — পার্থ = পৃথাগী (কুন্তীগী) মচা হে অর্জ্জুন! অশ্রদ্ধয়া = শ্রদ্ধা লৈতনা (থাজদনা), হুতং = দেবাতাশিংগীদমক মৈনা হোম তৌবা, দত্তং = করিগুম্বা পোং অমগী দান তৌবা, তপ.তপ্তম্ = চয়াহেনবনচিংবা তপ তৌবা, চ — অহুগা যৎ কৃতং — করিগুম্না কর্ম্ম (থবক) অমা তৌরা (মসি পুম্বমকসি মরেম্বদা তাবা মরমদগী), অসৎ ইতি উচ্যতে = অসৎনি (কত্তবনি) অসুম্না হায়নৈ, চ = মসিগী মরমদি তৎ = শ্রদ্ধা য়াওদনা তৌরিবা পুম্বমক অদু ন প্রেত (কুলায় ভবতি) — শিরবা তুংদা পরলোকীদমক মহৈ কংবা য়াবা নত্তে, নো ইহ = অহুগা হি লিতৈগী মতমদসু করিমত্ত কায়দে ॥ ২৮ ॥

অপুনবা অর্থ — কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন! শ্রদ্ধা য়াওদনা দেবতাশিংদমক মৈনা হোম তৌবা, দান তৌবা, চয়াহেনবনচিংবা তপ তৌবা অহুগা করিগুম্বা কর্ম্ম অমা তৌবা মসি পুম্বমকসি অরেম্বদা তাবা মরমদগী অসৎনি (কত্তবনি) হায়নৈ। মরমদি শ্রদ্ধা য়াওদনা তৌরিবা পুম্বমক অদু শিরবা তুংদা পরলোকীদমক মহৈ কংবা য়াবা নত্তে অহুগা হিংলিতৈগী মতমদসু করিমত্ত কায়বা কংদে॥ ২৮ ॥

অথুপ্পা বা

য়াইফবা ফংনবা তৌবা থবক পূর্ণমক্তা মচুগী অহৌবদা "ও তৎ সৎ" হায়বা পরমাত্মাগী মিং অহুমসিবু শোনগদবনি, মখোয়গী থবক অদু মঙ্গলগী মশক ওই হায়বসি মথক্তা হায়খ্রে। অদুবু মমৈথক্তদা শ্রীভগবাননা শ্রদ্ধা য়াওদনা তৌবা থবক অসৎনি (যজ্ঞবনি) মখোয়দগী কবিমত্ত মঙ্গল ওইবা য়াদে হায়রি। মরম অসিনা শ্রদ্ধা য়াওদনা তৌবা থবক্তা "ও তৎ সৎ" হায়বা পরমাত্মাগী মিং অহুম অসি শোন্নবসু কবিমত্ত কান্নদে হায়বসি ঐখোয়না খঙবা চন্নি। অহ'নবদসু শ্রীভগবাননা "শ্রদ্ধাবিরহিতং যজ্ঞং তামসং পরিচক্ষতে" (গী ১৭।১৩) "শ্রদ্ধা য়াওদনা তৌবা যজ্ঞ তামস যজ্ঞনি" অস্নুম্না হায়খ্রে। শ্রুতিনসু অস্নুম্না হায়রি— "শ্রদ্ধয়া দেয়ম্ অশ্রদ্ধায়াঽদেয়ম্" (তৈ উপ ১।১১) "শ্রদ্ধাগা লোয়ননা দান তৌগদবনি। শ্রদ্ধা য়াওদনা দান তৌরোইদবনি।" মরম অসিনা অঙবা' অমসুং য়াইফনবা থবক তৌবদা য়াম্না থাজবগা লোয়ননা তৌগদবনি অমসুং থবক অদু তৌবদা শ্রীভগবানগী মিং "ও-তৎ সৎ" অহুমসিবু শোয়দনা শোনগদবনি লোয়ননা লোইবা মতমদসু মিং অহুমসিবু শোনগদবনি ॥ ২৮ ॥

মতৌ অস্নুম্না শ্রীভগবাননা শকপা উপনিষৎশিংদা ব্রহ্মবিদ্যাগী মশক ওইবা যোগশাস্ত্রগী
মনুংদা অর্জুন অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী বাহং পাউখুম ওইবা চাউনবদা
"শ্রদ্ধাত্রয়বিভাগ যোগ" কৌবা তরাতরেৎশুবা অধ্যায়গী
স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিনা ইবা অথুপ্পা বাগা
লোয়নবা অন্বয় ব্যাখ্যা লোইরে। ১৭।

॥ হরি ওঁ তৎসৎ ॥

কানখল তাং ১৮।৬।৮৭ ইং



# শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতা

(অথ অষ্টাদশোঽধ্যায়ঃ)

## তরানীপানশুবা অধ্যায়

অধ্যায় অসিগী মমি "মোক্ষ সন্ন্যাসযোগ" নি। মসি গীতাগী অরোইবা অধ্যায়নি। মখম অসিনা অহানবদা হৌখিবা কর্ম্মকাণ্ড উপাসনাকাণ্ড অমসুং জ্ঞানকাণ্ডগী বা পুম্নমক শম্নগনা লোইশিন্নুবা হায়রগনি। মতুংদা শ্রীভগবাননা অহানবদা অর্জ্জুনগী মফমদা "সর্ব্বকর্ম্মাণি সন্ন্যাস্য" (গীতা ৫।১৩) "কর্ম্ম পুম্নমকপু পুক্নী বা সন্ন্যাস তৌরগা" "সন্ন্যাস যোগ যুক্তাত্মা" (গীতা ৯।২৮) "সন্ন্যাস যোগবু পুক্নীংদা লেংদনা থম্নগা" ত্যক্তা কর্ম্মফল সঙ্গম্" (গীতা ৪।২০) "কর্ম্মগী মহৈগী অপাম্ববু ত্যাগ তৌরুবা" "সর্ব্বকর্ম্মফল ত্যাগম্" (গীতা ১২।১১) "কর্ম্ম পুম্নমক্কী মহৈশিংবু ত্যাগ তৌবা" অসিনচি বা মফমশিংদা সন্ন্যাস অমসুং ত্যাগ বাহৈ অনীসি শীজিন্নরুবা হায়খি। সন্ন্যাস অমসুং ত্যাগকী অর্থদি থাদোকপনি অর্থদা অনীসিগী করি অমত্ত খেন্নবা লৈতে। অদুমক ওইরবসু মসুদা করম্বা অথুপ্পা অমা লৈবগে হায়রবসি খন্নীরুবা অহানবদা অর্জ্জুননা শ্রীভগবাননগী মফমদা অহুম্না হংখি—

অর্জ্জুন উবাচ

সন্ন্যাসস্য মহাবাহো তত্ত্বমিচ্ছামি বেদিতুম্।
ত্যাগস্য চ হৃষীকেশ পৃথক্কেশিনিষুদন ॥ ১ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা:— অর্জ্জুন উবাচ—অর্জ্জুননা হায়রখি— মহাবাহো=হে পাম্বোম চাউবা (কনবা), হৃষীকেশ=ইন্দ্রিয়শিংগী মপু ওইরুবা লৈবা হে কৃষ্ণ, কেশিনিষুদন=কেশি কৌবা হি চাববু হাৎপা হে ইবুংঙো সন্নাসস্য="সন্ন্যাস হায়বা বাহৈসিগী অর্থ, ত্যাগস্য চ=অদুগা "ত্যাগ" হায়বা বাহৈসিগী অর্থ, পৃথক—তোঙান তোঙান্না তত্ত্বম্—মসুংগী অথুপ্পা বাগী খেন্নবসু বেদিতুম ইচ্ছামি—ঐনা খঙজবা পামই ॥ ১ ॥

**অপুনবা অর্থ :—** অর্জ্জুননা হায়জখি — হে পাম্বোম কনবা, ইন্দ্রিয়শিংগী মপু ওইদুনা লৈবা হে কৃষ্ণ। অমসুং কেশি কৌবা হিংচাববু হাৎপা হে ইবুংঙো! সন্ন্যাস অমসুং ত্যাগ হাইবা অনীসিগী অর্থদা তোঙান তোঙান্না মসুংগী অথুপ্পা খেন্নবা ঋাবু ঐনা খঙজবা পামই ॥১॥

## অথুপ্পা বা

মফম অসিদা অর্জ্জুননা শ্রীভগবানবু "হে মহাবাহো হে কেশিনিসূদন অমসুং হৃষীকেশ" হায়না অহুম্নক হন্না কৌদুনা হায়রি। মতুদা "হে মহাবাহো" (হে পাম্বোম চাউবা) অমসুং "হে কেশিনিষুদন" (কেশি কৌবা হিংচাববু হাৎপা হে ইবুংঙো) অনীসিনা শ্রীকৃষ্ণবু মপান্থোগী য়েক্কু তিথং পুম্নমকপু মাঙহনবীবা ঙম্মি, মরম অসিনা অর্জ্জুন ঐগীসু অথোইবা তত্ত্ব জ্ঞান ফংনবা হোৎনবসিদা লাকদবা মপান্থোগী নৈথায় থিনগায় পুম্নমকপু ইবুংঙো মহাক্না মাংহনবীগনি হায়বসি উৎলী। অদুগা হে হৃষীকেশ (হৃষীক — মীৎ নাকো নচিংবা ইন্দ্রিয়শিংগী ঈশ — মপু ওইদুনা লৈরিবা) অসুম্না কৌরিবসিনা তত্ত্বজ্ঞান ফংনবা হোৎনবদা যাম্না কন্না য়েক্কবা ওইনা লৈরিবা ইন্দ্রিয়শিংবু ইবুংঙো মহাক্না লাকশিনহনবা ঙমহনবিগনি হায়সি খঙহল্লি। ১ ॥

সন্ন্যাস অমসুং ত্যাগ হাইবা অনীসিগী অর্থ খেন্নবা লৈতনা "থাদোকপা হায়বসি ওইন্নবসু শীঙ্জিন্নবদা খন্না খেন্নবা মসুংগী অর্থবু লৌদুনা শ্রীভগবান্না অর্জ্জুনগী চিংনবা কোক্লনবা অসুম্না হায়ব হৌই—

**শ্রীভগবানুবাচ**

**কাম্যানাং কর্ম্মণাং ন্যাসং সন্ন্যাসং কবয়ো বিদুঃ।**
**সর্ব্বকর্ম্মফলত্যাগং প্রাহুস্ত্যাগং বিচক্ষণাঃ ॥ ২ ॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা :—** শ্রীভগবান উবাচ — শ্রীভগবান্না হায়বিখি — কবয় — যাম্না কুপ্না খঙবা (নৈনবা) মীশিংনা কাম্যানা কর্ম্মণাং = মহৈ পান্না মীশিংবু তৌহন্নবগীদমক বেদনচিংবা শাস্ত্রনা মহৈগা লোয়ননা তাক্লিবা অশ্বমেধ বাজপেয় যজ্ঞনচিংবা কর্ম্মশিংগী ন্যাস — থাদোকপবু সন্ন্যাসং বিদুঃ — সন্ন্যাসকী অর্থনি হায়না খঙই, অদুগা— বিচক্ষণা — যাম্না লৌশিং লৈবা অতোপ্পা মীশিংনা সর্ব্ব কর্ম্ম ফল ত্যাগং = নিত্য কর্ম্ম (নুমিৎ খুদিংগী তৌগদবা সন্ধ্যা তর্পণনচিংবা) নৈমিত্তিক কর্ম্ম (গ্রহণ-নচিংবা লাক্লবদা স্নান, দান অসিনচিংবা কর্ম্ম) অমসুং কাম্য কর্ম্ম অপাম্বা পোৎ ফংনবগীদমক শাস্ত্রনা তৌ হায়না তাকপা কর্ম্ম) মসি পুম্নমকসিগী মহৈগী অপাম্বা থাদোকপা প্রাহুঃ = ত্যাগকী অর্থনি অসুম্না হায় ॥ ২ ॥

**অপুনবা অর্থ :—** শ্রীভগবান্না হায়রিবিখি — যাম্না কুপ্না খঙবা মীশিংনা মহৈ ফংনবগীদমক তৌগদবা কর্ম্মশিং থাদোকপবু সন্ন্যাসগী অর্থনি হায়না খঙই অদুগা যাম্না লৌশিং লৈবা অতোপ্পা

মীশিংনদি নিত্য কর্ম্ম, নৈমিত্তিক কর্ম্ম অমসুং কাম্য কর্ম্ম - মসি পুম্নমকী মহৈগী অপাম্বা থা দোকপবু ত্যাগকী অর্থনি অসুম্না হায়। ২॥

অথপ্পা ৱা

বেদ ৱাচিংবা শাস্ত্রনা অপাম্বা মহৈ ফ ৱানবগীদমক মহৈশিং গা লোয়ননা তাকপা কর্ম্মশিংবু কাম্যকর্ম্ম কৌই। অসিগুম্বা কর্ম্মশিং, অদুবু পুমথা থাদোক্লুবা স্থকতৌ তৌদবসি সন্ন্যাসকী অর্থনি। অদুগা নিত্য নৈমিত্তিক অমসুং, কাম্যকর্ম্ম পুম্নমকসিবু তৌদুনা নৈরবসু মখোয়দগী লাকপা মহৈগী অপাম্বা থাদোকপসি ত্যাগকী অর্থনি। মহৈ পামদনা কর্ম্ম পুম্নমক অদুবু তৌদুনা নৈবদগী পাপ কোকখিদুনা পুক্নীং (অন্ত করণ) শেংদোকই অদুগা অশেংবা পুক্নীংদা জ্ঞান পোক্লুনা পরব্রহ্মগী ৱাশক ওইবা মোক্ষ ফংবা ঙম্মি। মরম অসিনা শ্রুতিনা হায়রি—

"তমেতমাত্মানং বেদানুবচনেন ব্রাহ্মণা বিবিদিষন্তি জ্ঞানেন দানেন তপসাঽনশকেন"
(বৃ উ ৪।৪।২২)

"পরব্রহ্মবু ফংনীবা মীশিংনা মসিদগী (ব্রহ্মদগী) খেন্নদবা আত্মাসিবু বেদ তমদুনা যজ্ঞ তৌদুনা দান তৌদুনা তপ তৌদুনা খঙনবা হোৎনৌ"।

"ধর্ম্মেণ পাপমপনুদতি" (তৈ আ ১। ৩) "নিষ্কাম ওইনা (মহৈ পামদনা) ক তৌবদগী পাপ কোকই।" মরম অসিনা মহৈ পামদনা কর্ম্ম তৌদুনা নৈরবদি পুক্নীং শেংদোকখিদু অশেংবা পুক্নীং অদুদা জ্ঞান পোকই নত্রগা ভগবানদা নৈবা অশেংবা ভক্তি পোকই হায়বসি উদ্ধবগী মফমদা শ্রীভগবান্না অসুম্না হায়রি—

স্বধর্ম্মস্থো যজন্ যজ্ঞৈরনাশীঃ কাম উদ্ধব।
ন যাতি স্বর্গনরকৌ যদ্যন্যন্ন সমাচরেৎ॥
অস্মিল্লোকে বর্ত্তমানঃ স্বধর্ম্মস্থোঽনঘঃ শুচিঃ।
জ্ঞানং বিশুদ্ধমাপ্নোতি মদ্ভক্তিং বা যদৃচ্ছয়া॥
(ভা ১১।২০।১০-১১)

"হে উদ্ধব। মী অদুনা মশাগী ধর্ম্মবু ঙাক্লুনা নৈরগা কর্ম্মগী মহৈবু পাম্বা তৌদনা ৱাচিংবা কর্ম্ম তৌদুনা নৈরবদি অমসুং, শাস্ত্রনা থিংবা থবক তৌদ্রবদি, মহাক স্বর্গ অমসুং ন চত্তে। মহাক্তি পাপ নৈত্তবা অশেংবা অমসুং মশাগী তৌগদবা মখৌ তৌদুনা তাইখণ্ডলিদা নৈ মাহা পাম্বা মতুংইন্না অশেংবা আত্মজ্ঞান ফংই নত্রগা কৃষ্ণ ঐগী ইকমদা ওইগদবা অথে সাধ্যভক্তিবু ফংই।"

মরুম অসিমা য়ুম কৈ থাদোক্লুনা মরু ওইবা সন্ন্যাস লৌবা (লম্বোইহুনা লৈবা) ৬মত্রবস্তু তৌরিবা কর্ম্মশিংগী মহৈ থাদোক্লুবা পুক্নী, শে নবা হোৎনরগা পরমাত্মাবু যংনবা তৌগদবনি ॥২॥

মতৌ অসুম্না সন্ন্যাস অমসুং ত্যাগকী অর্থবু মত থেন্নবগী মতুংইন্না হায়রগা অমুক হন্না ত্যাগকী অর্থবু অতোপ্পা মতকী মতুংইন্না অসুম্না হায়রি—

ত্যাজ্যং দোষবদিত্যেকে কর্ম্ম প্রাহুর্মনীষিণঃ।
যজ্ঞ দান তপ কর্ম্ম ন ত্যাজ্যমিতি চাপরে ॥ ৩ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা :— কর্ম্ম = নিত্য নৈমিত্তিক অমসুং কাম্য কর্ম্ম পুম্নমকসি দোষবৎ=দোষ লৈবা চাক্তুনি হায়বদি সংসারদা পুন্দুনা থম্নবগী মশক ওইবা দোষ লৈবা চাক্তা ওইবা মরম্না (মত্রগা দোষবৎ=অপাম মিহৌ অশাউবনচি বা দোষশিবু থাদোকপগী মতৌগুম্না) ত্যাজং= থাদোক্কদবনি ইতি=মতৌ অসুম্না একেমনীষিণ প্রাহু —কনা কনাগুম্বা রাখল লৈতানা খনবা মীশিনা হায় অপরে চ=অহুগা অতোপ্পা লৌশি তাবা মীশিংনদি যজ্ঞ দান তপ কর্ম্ম=পুক্নীং শেংনবগীদমক তৌবা যজ্ঞ, দান, তপ নচিংবা কর্ম্মশিংবুদি, ন ত্যাজ্যম্=থাদোক্লোইদবনি, ইতি প্রাহু =অসুম্না হায় ৷ ৩ ॥

অপুনবা অর্থ — নিত্য নৈমিত্তিক অমসুং কাম্য কর্ম্ম পুম্নমকসিবু সংসারদা পুন্দুনা থম্নবগী মশক ওইবা দোষ চাক্ত ওইবা মরম্না থাদোক্কদবনি অসুম্না কনা কনাগুম্বা বুদ্ধি লৈতানা খনবা মীশিংনা হায় অহুগা অতোপ্পা লৌশিং শিংবা মীশিংনদি পুক্নীং শে নবা তৌরিবা যজ্ঞ দান, তপ নচিংবা কর্ম্মশিংবুদি থাদোক্লোইদবনি অসুম্না হায় ৷ ৩ ॥

## অথুপ্পা রা

শ্লোকসিদা হায়রিবা রাসী সুপ্পা কর্ম্ম তৌবদা মতীক চানা লৈরিবা মীশিংবু লৌহুনা মখোয়না কর্ম্ম থাদোকপা চুম্বরা মত্রগা চুমদবরা হায়বসিদা বিচার তৌবনি। জ্ঞান ফংহুনা মত্রগা জ্ঞান ফংদ্রীংহুনা সন্ন্যাস লৌগ্রবা (লম্বোইগ্রবা) মীশিংবুসু লৌহুনা বিচার তৌবা নত্তে। মরমদি সন্ন্যাস লৌরবা মতুংদা সন্ন্যাসী অহুগী কর্ম্ম তৌবদা অধিকার (মতীক চাবা) লৈতে। কর্ম্ম পুম্নমক থাদোকপগী মমিং সন্ন্যাসনি। অসিগুম্বা মখোয়শিংহুবু লৌহুনা শ্রুতিনা অসুম্না হায়রি— "ন কর্ম্মণা ন প্রজয়া ধনেন ত্যাগে নৈকে অমৃতত্বমানশু" (কৈ উ ১।৩)— "অমৃতগী মশক ওইবা ব্রহ্ম ফংবসি কর্ম্মনা ওইবা য়াদে, মচা অমসুং শেল থুম্নসু ওইবা য়াদে সুপ্পা ত্যাগ তৌবনা মরম ওইহুনা মী কয়ামুক্না অমৃতগী মশক ওইবা মোক্ষসিবু ফংখি।"

অসিগুম্বা মথোয়শিং অহৃগীদি সংসারসিদা তৌফম থোকপা থবক অমত্ত লৈতে। মসিবু শ্রুতিনা অস্থুম্না হায়রি—

"লোকত্রয়েহপি কর্ত্তব্যং কিঞ্চিন্নাস্ত্যাত্মবেদিনাম্" (শ্রী ছা উ ১।১৪)— "আত্মাবু খঙলবা মীশিগীদি লোক অহুমসিদা তৌফম থোকপা থবক অমত্ত লৈতে।" গীতামস্থু শ্রীভগবাননা অস্থুম্না হায়রি—"তস্য কার্য্যং ন বিদ্যতে" (৩।১৭)— "আমীত্থগী তৌফম থোকপা থবক অমত্তা লৈতে। মরম অসিনা মফমসিদা বিচার তৌরিবসি কর্ম্ম তৌবদা মতীক চানা লৈরিবা যুম পানবা মীশিংগীদমক্তি॥ ৩॥

মতৌ অস্থুম্না কর্ম্ম ত্যাগকী (থাদোকপগী) মরনদা অতোপ্পা মীশিংগী থেন্নবা মতশি বু হায়রগা হৌজিক মতশিংগী মনুংদা করম্বা মত কৈ হায়বহ্ ভগবাননা শ্লোক অনীনা অস্থুম্না হায়রি—

নিশ্চয়ং শৃণু মে তত্র ত্যাগে ভরতসত্তম।
ত্যাগো হি পুরুষব্যাঘ্র ত্রিবিধ সম্প্রকীর্ত্তিত ॥ ৪ ॥
যজ্ঞদানতপঃ কর্ম্ম ন ত্যাজ্যং কার্য্যমেব তৎ।
যজ্ঞোদানং তপশ্চৈব পাবনানি মনীষিণাম ॥ ৫ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — ভরত সত্তম=ভরত নিংথৌগী শাগৈদা থোকপগী অথোইবা হে অর্জ্জুন! তত্র ত্যাগে=কর্ম্ম তৌবদা মতীক চানা লৈরিবা মীশিংনা তৌগদবা ত্যাগ অহৃগী মরমদা মে নিশ্চয =কৃষ্ণ ঐগী অরেপ্পা মত অসিবু শৃণু=নহাক্না তাও পুরুষব্যাঘ্র—মুপাশিগী মনুংদা থায়দগী কনবা হে ধনঞ্জয়! ত্যাগ হি=ত্যাগ অসি (কর্ম্ম থাদোকপসি) লেপ্পমক ত্রিবিধ সম্প্রকীর্ত্তিত—সাত্ত্বিক রাজসিক অমস্থুং তামসিক থেন্নবদগী মথল অহুম থোক্ত থায়দোকই হায়না নীংথিনা তাক্লি॥ ৪॥ যজ্ঞদান তপ কর্ম্ম=দেবতাশিংগীদমক পোং কথোকপগী মশক ওইবা যজ্ঞ করিগুম্বা পোং অমগী মপু ওইবা থাদোক্নুনা অতোপ্পা মী অমনু মপু ওইহনখিবী মশক ওইবা দান অমস্থুং চরাহেন্নবনচিংবা তপ মথল অহুমগী কর্ম্ম অসিদি ন ত্যাজ্যম=থাদোকপা চুমদে তৎ কার্য্যং এব—অহুমসিবুদি শোয়দনা তৌহনা লৈগদবনি মসিগী মরমদি—যজ্ঞ—দানং—তপ চ=যজ্ঞ দান অমস্থুং তপ অহুমসি, মনীষিনাম—কর্ম্মগী মহৈ পামদবা পুক্নীং লৈতনা লৈবা মীশিংবু, পাবনানি এব=লেপ্পমক শেংদোকহনবিবা ওাক্তনি॥ ৫॥

**অপূনবা অর্থ** — ভারতকী শাগৈদা থোকপগী অথোইবা হে অর্জ্জুন! কর্ম্ম তৌবদা মতীক চানা লৈরিবা মীশিনা তৌগদবা ত্যাগ অহৃগী মরমদা কৃষ্ণ ঐগী অরেপ্পা মতসিবু নংনা তাও। মুপাশিংগী মনুংদা থোকপগী অথোইবা হে ধনঞ্জয়। ত্যাগ অসি (কর্ম্ম থাদোকপসি) লেপ্পমক মথল অহুমথোক্না থায়দোকই হায়না নীংথিনা তাক্লি। ৪। যজ্ঞ, দান অমস্থুং তপ মথল অহুমসিগী

কর্ম্মদি থাদোকপা চুমদে, মখোয়সিবু দি শোয়দনা তৌহনবা লৈগদবনি। মসিগী ময়মদি—যজ্ঞ দান অমসুং তপ অহুমসি, কর্ম্মগী মহৈ পামদনা মখোয়বু তৌহনবা পুক্নীং লৈতাবা লৈবা মীশিংবু লেপ্পমক শেংদোকহনবিবা থাক্কনি। ৫ ॥

যজ্ঞ, দান অমসুং তপ অহুমসিবু করম্না তৌবা হৌরৈ হায়বহ হৌজিক ভগবান্না অস্সুম্না তাক্নি—

এতান্যপি তু কর্ম্মাণি সঙ্গং ত্যক্ত্বা ফলানি চ।
কর্ত্তব্যানীতি মে পার্থ নিশ্চিতং মতমুত্তমম্ ॥ ৬॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— পার্থ=পৃথা (কুন্তী) গী মচা হে অর্জুন। তু=অদুগা এতানি কর্ম্মাণি অপি=মথক্ত হায়রিবা যজ্ঞ দান অমসুং তপ ওইবা কর্ম্মশিংসিবুসু সঙ্গং ত্যক্ত্বা=ঐনা তৌবনি (কর্ত্তানি) হায়বা নাপলসি (রাখলসি) থাদোক্লগা ফলনি চ (ত্যক্ত্বা) =অমসুং মখোয়গী মহৈ পাম্ববুসু থাদোক্লগা কর্ত্তব্যানি ইতি=তৌগদবনি হায়বসি মে=কৃষ্ণ ঐগী নিশ্চিতং উত্তমং মতম্=অরেপ্পা অমসুং খ্বায়দগী অথোইবা মতনি ॥ ৬॥

অপূনবা অর্থ ঃ— কুন্তীগী মচা হে অর্জুন! অদুগা মথক্ত হায়রিবা যজ্ঞ দান অমসুং তপ কর্ম্ম অহুমসিবুসু "ঐনা তৌবনি (অতৌবা ঐনি) হায়বদি কর্ত্তানি" হায়বা নাপলসিবু থাদোকলগা অমসু মখোয়গী মহৈ পাম্ববুসু থাদোক্লগা তৌগদবনি হায়বসি কৃষ্ণ ঐগী অরেপ্পা অমসুং খ্বায়দগী অথোইবা মতনি ॥ ৬ ॥

অথুপ্পা বা

মথক্কী শ্লোক অহুমসিদা শ্রীভগবান্না মাগী অরেপ্পা মত ওইনা নিত্য নৈমিত্তিক অমসুং কাম্য মখল অহুমগী কর্ম্মশিং অসিবু মখোয়গী মহৈ পামদনা অমসুং মশাবু অতৌবা মীনি (কর্ত্তানি) হায়না চাউথোকপা তৌদনা পাংথোক্নবা লৈগদবনি হায়বসি নীংথিনা তাক্ল। কর্ম্ম তৌবদা মতীক চানা লৈরিবা মীশিংনা কাম্যকর্ম্ম তৌদনা লৈবা থোক্লবসু নিত্য অমসুং নৈমিত্তিক কর্ম্মগী মশক ওইবা যজ্ঞ, দান অমসুং তপ অহুমসিবু দি শোয়দনা তৌহনা লৈগদবনি। মতুদগী মখোয়গী পুক্নীং শেংদোকখিহনবা অশেংবা পুক্নীং অদুদা মশাগী অশেংবা শক্তম ওইবা পরব্রহ্মবু খঙনবা শক্তি লাক্নি, মতুগা পরমাত্মাগী মফমদা লেংদনা থম্বা য়াবা ভক্তি পোক্নি। মরম অসিনা শ্রুতিনা কর্ম্ম তৌহনা লৈনবগীদমক অস্সুম্না হায়রি— "কুর্ব্বন্নেবেহ কর্ম্মাণি জিজীবিষেচ্ছতং সমা" (শু যজু ৪০।২)— "তাইবংসিদা কর্ম্মশিংবু তৌহনা লৈরগা চাম্মা ফাওবা হিংহনা লৈবা পামগদবনি।" "যন্যনবদ্যানি কর্ম্মানি তানি সেবিতব্যানি (তৈ উ ১।১১।২)— "কনবা মনবা হায়বদি অফবা কর্ম্মশিংবু তৌহনা লৈগদবনি" "ত্রয়ো ধর্ম্মস্কন্ধা যজ্ঞোঽধ্যয়নং

দানং" ( ছা উ ২।২৩।১ )— যজ্ঞ বেদ অধ্যয়ন দান অমসুং তপ অহুমসি ধর্ম্মগী মশক ওইবা ঊগী মউন্নি।" মরম অসিনা মশাগী পুন্সিবু মহৈ যানহন্নীংবা মীশিংনা শাস্ত্রনা তৌ হায়না তাকপা কর্ম্মশিংবু মহৈ পাম্বা তৌদনা শোয়দনা তৌহনা লৈগদবনি। মনুমসু মসিগী মরমদা অসুম্না হায়রি—

বেদোদিতং স্বকং কর্ম্ম নিত্যং কুর্য্যাদতন্দ্রিত।
তদ্ধি কুর্ব্বন্ যথাশক্তি প্রাপ্নোতি পরমাং গতিম্॥
( মনু স্মৃতি ৪।১৪ )

"বেদনা তৌ হায়না তাকপা মশা মশাগী কর্ম্মশিংবু তন্নবা লৈতনা শোয়দনা তৌহনা লৈ-পদবনি। মী অদুনা মানা ঙম্বা মতুংইন্না কর্ম্মশিং অদুবু তৌহনা লৈরবদি অখোইবা খুদমদু ফংবা ঙম্মি॥ ৬॥

মতৌ অসুম্না যজ্ঞ দান অমসুং তপ কর্ম্ম অহুমসিবু থাদোকপা চুমদে হায়রবসি শ্রীভগবান্না মশাগী মত ওইনা তাক্লগা। "ত্যাজ্যং দোষবদিত্যেকে" দোষ লৈবা মরমদগী কর্ম্ম পুম্নমক থাদোকদবনি হায়বা অতোপ্পগী মতসিবু ককথংকে হায়রগীদমক মথল অহুমগী ত্যাগবু অসুম্না হায়রা হোই—

নিয়তস্য তু সন্ন্যাস কর্ম্মণো নোপপদ্যতে।
মোহাত্তস্য পরিত্যাগস্তামস পরিকীর্ত্তিত॥ ৭॥

অন্বয় ব্যাখ্যা।— তু=মোক্ষ পাম্বা মীনা কাম্যকর্ম্ম তৌবা থাদোক্লবসু, নিয়তস্য কর্ম্মণ = পুক্নী ( অন্ত করণ ) শেংনবা শাস্ত্রনা তৌ তাকপা নিত্যকর্ম্মবু ( মহৈ পামদনা তৌবা যজ্ঞ, দান অমসুং তপ বু ), সন্ন্যাস=ত্যাগ তৌবা ( থাদোকপা ) অসিদি, ন উপপদ্যতে=হৌনদে, মোহাৎ =মসিবু খঙদহনা তস্য পরিত্যাগ =নিত্যকর্ম্ম থাদোকপা অসিবু তামসপরিকীর্ত্তিত=তামস (তমো গুণদগী ওইবা ) ত্যাগ কৌই অসুম্না অখঙবা মীশিংনা হায়॥ ৭॥

অপুনবা অর্থ — মোক্ষ পাম্বা মীশিংনা কাম্যকর্ম্ম তৌবা থাদোক্লবসু পুক্নী শেংনবা শাস্ত্রনা তৌ তাকপা নিত্যকর্ম্ম থাদোকপা অসি হৌনদে মসিবু খঙদহনা নিত্যকর্ম্ম থাদোকপা অসিবু তামস ত্যাগ কৌই হায়না হায়রে॥ ৭॥

অসুম্না তমস ত্যাগ করিনো হায়রবহু তাক্লগা রাজস ত্যাগপু অসুম্না তাক্লি—

দুঃখমিত্যেব যৎকর্ম্ম কায়ক্লেশভয়াৎ ত্যজেৎ।
স কৃত্বা রাজসং ত্যাগং নৈব ত্যাগফলং লভেৎ॥ ৮॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— দুঃখং ইতি এব=নিত্য নৈমিত্তিকনচিংবা কর্ম্ম তৌহনা লৈবসি অরাবগী মশক্তি অসুম্না খল্লুনা মীহনা, কায়ক্লেশভয়াৎ=হকচাংদা অরাবা কংবহু কিবদগী, যৎকর্ম্ম ত্যজেৎ=

ৱিত্য কর্ম্মৱচিংবা কর্ম্মশিং তৌবত্থ থাদোকই স =অত্থম্না তৌবা মীহূন", ৱাজসং ত্যাগং কৃত্বা=ৱাজস (ৱজোগুণদগী ওইবা) ত্যাগসিবু (কর্ম্ম তৌবা থাদোকপসিৱ) তৌৱগা ত্যাগ ফলং ৱ এব লভেৎ=কর্ম্ম থাদোকপগী (সন্ন্যাস লৌবগী) মহৈ জ্ঞাৱ যংৱবা পুক্নীং শেংবনচিংবা কন্নিমত্তা ফ দে ॥ ৮ ॥

**অপুনবা অর্থ** •— ৱিত্য নৈমিত্তিক ৱচি বা কর্ম্ম তৌত্থৱা লৈবসি অৱাবগী মশক্তি খন্দুৱা মীত্থৱা ৱকচাংদা অৱাবা ফংবা কিত্থৱা ৱিত্য কর্ম্মৱচিংবা তৌবত্থ থাদোকই মত্থম্না তৌবা মীত্থৱা ৱাজস ত্যাগ (ৱজোগুণদগী ওইবা কর্ম্ম থাদোকপা) তৌৱগা কর্ম্ম থাদোকপগী মহৈ, জ্ঞাৱ ফংৱবা পুক্নী শে ৱৱচিংবা কন্নিমত্ত ফ দে ॥ ৮ ॥

মতৌ অস্থম্না তামস অমস্থং ৱাজস ত্যাগ তৌবা ফত্তে হায়ৱগা অফবা সাত্ত্বিক ত্যাগ তৌবগী মওং অহবু হৌজিক অস্থম্না তাক্লি—

কার্য্যমিত্যেব যৎকর্ম্ম নিযতং ক্রিয়তেঽর্জ্জুন।
সঙ্গং ত্যক্ত্বা ফলঞ্চৈব স ত্যাগ সাত্ত্বিকো মত ॥ ৯ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা —অর্জ্জুন=হে অর্জ্জুন! সঙ্গ =ঐ অতৌবনি (কর্ত্তানি) হায়ৱা অহংকার তৌবা (ৱাপল তৌবা) ফলং এব চ=তৌৱিবা কম্মত্থগী মহৈগী অপাম্ববুম্ম ত্যক্ত্বা=থাদোক্লগা কার্য্যং ইতি এব=মসি ঐগী তৌবা হৌৱবা ইথৌনি অস্থম্না লেপ্তুৱা যৎ ৱিয়ত কর্ম্ম=শাস্ত্রনা তকপা নিত্যকর্ম্ম ৱচি ববু ক্রিয়তে=পুক্নীং শেংৱবগীদমক তৌত্থৱা লৈ স ত্যাগ =কর্ম্ম তৌত্থৱা লৈৱবস্থ মহৈ থাদোকপগী মশক ওইবা ত্যাগ অহ্ সাত্ত্বিক মত —সাত্ত্বিক (সত্ত্বগুণগী ওইবা) ত্যাগনি অস্থম্না হায়বৈ ॥ ৯ ॥

**অপুনবা অর্থ** — হে অর্জ্জুন! ঐ অতৌবনি হাযৱা ৱাপল তৌবা অমস্থং কর্ম্মগী মহৈ পাম্ববুম্ম থাদোক্লগা মসি ঐগী তৌবা হৌৱবা ইথৌনি অস্থম্না লেপ্তুনা ৱিত্যকম্ম ৱচিংববু তৌত্থনা লৈ, মতৌ অস্থম্না কম্ম তৌত্থৱা লৈৱবস্থ মহৈ পাম্বা থাদোকপত্থ সাত্ত্বিক ত্যাগনি অস্থম্না হায়বৈ ॥ ৯ ॥

মতৌ অস্থম্না তামস অমস্থং ৱাজস ত্যাগ তৌবা থাদোক্লগা সাত্ত্বিক ত্যাগ তৌত্থৱা যজ্ঞ, দাৱ অমস্থং তপ তৌত্থৱা মথোয়গী মহৈ পামদবদগী অমস্থং ঐ অতৌবনি (কর্ত্তানি) হায়ৱা ৱাপল তৌদবদগী পুক্নীং শেংগ্রবা মীত্থনা ফংগদবা আত্মজ্ঞাৱগী ফীবম অহবু হৌজিক ভগবান্না অস্থম্না তাক্লি—

ন দ্বেষ্ট্যকুশলং কর্ম্ম কুশলে নানুষজ্জতে।
ত্যাগী সত্ত্বসমাবিষ্টো মেধাবী ছিন্নসংশয়ঃ ॥ ১০ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা :**— ত্যাগী = মথক্তা হায়খিবা সাত্ত্বিক ত্যাগবু তৌহুনা লৈরিবা, মরম অসিনা— সত্ত্বসমাবিষ্ট = তম অমস্তু, রজ গুণ য়ান্দবা অশেংবা সত্ত্ব গুণদা লৈবা মহুদগী— মেধাবী—, আত্মজ্ঞান্দা পুক্নী লৈতাবা লৈবা, মরম অহুদগী - ছিন্নসংশয় — সংসার অমসুং আত্মস্বরূপকী মরমদা করিমত্তা চিংনবা লৈত্রবা মীহুনা, অকুশলং কর্ম্ম ন দ্বেষ্টি — য়াইফবা পীহৈদবা ( মহু তৌবদা য়াইফবা ফংলোইদবা ) কর্ম্মদা য়েথিবা তৌদে ( তথা ) কুশলে ন অনুষজ্জতে — মতৌ অমুম্না য়াইফবা পীহংবা ( মহু তৌবদা পুক্নী শেংনবগী মশক ওইবা য়াইফবা ফংগদবা ) নিত্য, নৈমিত্তিকনচিংবা কর্ম্মদসু পুক্নী চংদে ( পুক্নী শেংগ্রবা মরম্না আত্মা চিন্তন তৌবদা পুক্নী চঙনা লৈ ) ॥ ১ ॥

**অপুনবা অর্থ** ঃ— মথক্তা হায়খিবা সাত্ত্বিক ত্যাগপু তৌহুনা লৈরিবা মরম অসিনা তম অমসু রজোগুণ য়ান্দবা অশেংবা সত্ত্বগুণদা লৈবা মহুদগী আত্মজ্ঞানদা পুক্নী লৈতাবা লৈবা মরম অহুদগী সংসার অমসু আত্মস্বরূপকী মরমদা করিমত্ত চিংনবা লৈত্রবা মীহুনা য়াইফবা পীহৈদবা কাম্য কর্ম্মদা য়েথিবা তৌদে, মতৌ অমুম্না য়াইফবা পীহৈবা নিত্য নৈমিত্তিক নচিংবা কর্ম্মদসু পুক্নী চংদে ॥ ১ ॥

## অথপ্পা বা

শ্লোক অসিদা শ্রীভগবান্না সাত্ত্বিক ত্যাগ তৌবসি থ্বায়দগী অথোইবা ত্যাগনি হায়বসি তাকি। মসিগী মরমদি সাত্ত্বিক ত্যাগদা কর্ম্ম পুম্নমক তৌহুনা লৈরবসু মীহুনা মশাবু অতৌবনি (কর্ত্তানি) অমসুং তৌরিবা কর্ম্মশিংহুগী মহৈ চাবা মীসু (ভোক্তাসু) ওইগদবনি হায়বসি করিমত্ত খন্দে। অতৌবা মী ( কর্ত্তা ) অমসুং মহৈ চাবা মী ( ভোক্তা ) অনীসিগী নাপল তৌদনা সুপ্না মানা তৌরিবা পুম্নমক অহু ঈশ্বরগী চরন্দা কথোক্কনা ইবুংঙো মাগী পেন্নবগীদমক্তনি হায়বা নাথল অসি মাগী অরেপ্পা ওইনা লৈ। মহুদগী মহাক্কী পুক্নী হু শে দোকখিহুনা জ্ঞান ফংনীংলবদি আত্মজ্ঞান ফংনবা শ্রবন মনন নচিংবা উপায় তৌবা হোই, অহুগা পরমাত্মাবু নীবগী মশক ওইবা সাধ্য ভক্তি ফংনীংলবদি মহুগীদমক ধ্যান যোগগী অভ্যাস তৌহুনা লৈ। মহুদা ধ্যান যোগগী অভ্যাস তৌহুনা লৈবহু মাগী সাধন ভক্তিনি অহুগা মহুদগী পুক্নীংনা পরমাত্মাগী মওঙ লৌহুনা লেঙবনা লৈবা সমাধিহু সাধ্য ভক্তিনি। মহু য়োরবদা তক্তহুনা অতোপ্পা করিমত্ত তৌনীংদে, মহুগী অভ্যাস তৌবদা মতম পুম্নমক্তা পুক্নী চঙহুনা লৈ। মতৌ অহুম্না জ্ঞানগী লম্বী চংপা জ্ঞানী ভক্তসু মতম পুম্নমক্তা আত্মচিন্তন তৌহুনা লৈ। নিত্য, নৈমিত্তিক অমসুং কাম্য করিগুম্বা কর্ম্ম অমা তৌবদা পুক্নী থিংজিন্দে, অহুগা কর্ম্মশিংহুদা য়েংথিরবসু তৌদে। মরম অসিনা শ্রীভগবান্না উদ্ধবকী মফমদা অমুম্না হায়রি—

দোষবুদ্ধ্যোভযাতীতো নিষেধান্ন নিবর্ত্ততে।
গুণবুদ্ধ্যা চ বিহিতং ন করোতি যথার্হর্কং॥
(ভাগ ১১।৭।১১)

"করিগুম্বা কর্ম্ম অমদা গুণ অনীসিবু য়েংদ্রবা জ্ঞানী ওইবা মীহুনা দোষনি (ফত্তবনি) খন্দুনা নিষিদ্ধ (শাস্ত্রনা তৌগনু তাকপা) কর্ম্ম তৌদে, অহৃগা গুণনি (অফবনি) খন্দুনা বিহিত (শাস্ত্রনা তৌ তাকপা) কর্ম্মবুস্নু তৌদে। মহাক্তি অঙাংগী মতৌগুম্না লাইবক্না তম্বা মতুংইন্না লাকইবা কর্ম্মহুবু করিমত্ত অপাম মিহৌ লৈতনা তৌহুনা লৈ।"

মতৌ অস্নুম্না জ্ঞানীহুনা হিংহুনা লৈরিবগী মতমদা ব্যবহারগী থবক পুম্নমক তৌহুনা লৈরবস্থু মাগী মী য়েংদা আত্মা নত্তনা তাইবঙসি লৈতে শূখ্না মাম্নানা মরম ওইহুনা উবদনি। মরমসিনা জ্ঞানীগী অশেংবা মীংয়ে অসিবু লৌহুনা শ্রীভগবান্না উদ্ধবপু অস্নুম্না হায়রি—

যদিদং মনসা বাচা চক্ষুর্ভ্যাং শ্রবণাদিভি।
নশ্বরং গৃহ্যমাণঞ্চ বিধি মাযামনোময়ম্॥
(ভাগ ১১।৭।৭)

"মন (পুক্নীং), বাক্ মীং অনী মাকোং অসিনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংনা লৌহুনা লৈরিবা পোং পুম্নমকসি অরেপ্পা লৈতবা ওাক্তনি। মখোয়সিবু নংনা (উদ্ধবনা) মননা (পুক্নীংনা শেমগত্তুনা থম্বা মায়াগী মশক ওাক্তনি হায়বসি খঙউ।" মরম অসিনা জ্ঞানীহুগী মীংয়েংদা অনীশুবা লৈতবা আত্মা নত্তনা অতোপ্পা পোং অমত্ত লৈত্রবদি করিগুম্বা পোং অমা লৌহুনা মাগী চিংনবস্থু লৈতে। মরম অসিনা শ্রুতিনা হায়রি—

ভিদ্যতে হৃদয়গ্রন্থিচ্ছিদ্যন্তে সর্ব্বসংশয়া।
ক্ষীযন্তে চাসৎ কর্ম্মাণি তস্মিন্ দৃষ্টে পরাবরে॥
(মু উ ২।২।৮)

"সগুণ (গুণ লৈবা) অমসুং নিগুণ (গুণ লৈতবা) ব্রহ্মগী মশক ওইবা আত্মাসি শংশঙনা উব খঙলবদা জ্ঞানী ওইবা মীহুগী হৃদয়গা লোয়ননা চেংনা কিশি কিহুনা লৈরম্বহু মাস্থোকখি চিংনবা পুম্নমকপুস্থু কোকখি অমসুং পাপ পুণ্যগী মশক ওইবা কর্ম্ম পুম্নমক মাঙখি (মহাক মতৌ অস্নুম্না প্রারব্ধ কর্ম্ম লোইবমক্তদা ব্রহ্মদা তিন্দুনা লৈ)" ॥ ১ ॥

মতৌ অস্নুম্না জ্ঞানী ওইবা মীশিং দনা অপাম মিহৌ লৈতবা মতমদগী কর্ম্ম থাদোকপা ওস্মি হায়বসি তাক্লগা হৌজিক অজ্ঞানীশিংনা কর্ম্ম থাদোকপা ওমদবগী মরম অস্নুম্না হায়রি—

নহি দেহভৃতা শক্যং ত্যক্তুং কর্ম্মাণ্যশেষত ।
যস্তু কর্ম্মফলত্যাগী স ত্যাগীত্যভিধীযতে ॥ ১১ ॥

অন্বয ব্যাখ্যা — হি=মসিগী মরমদি দেহভৃতা=হকচাং বু ঐমক্সি খন্দুনা লৈবা অজ্ঞানী ওইবা মীনা কর্ম্মাণি=কর্ম্মশিং বু (থবকশিং বু), অশেষত ত্যক্তুং ন শক্যম=পুমথা থাদোকপা ঙমদে (তস্মাৎ) য তু কর্ম্মফলত্যাগী=মরম অসিনা মীহুনা কর্ম্মগী মহৈবু থাদোকই, স ত্যাগী ইতি অভিধীয়তে—মহাক অহু ত্যাগীনি (কর্ম্মবু থাদোক্লবনি) অস্থুম্না হায়বৈ । ১১ ।

অপূনবা অর্থ — মসিগী মরমদি হকচাংবু ঐমক্সি খন্দুনা লৈবা অজ্ঞানী ওইবা মীনা কর্ম্মশিং বু পুমথা থাদোকপা ঙমদে মরম অসিদগী মীহুনা কর্ম্মগী মহৈবু থাদোকই অহুগুম্বা মহাক অহু ত্যাগীনি (কর্ম্ম বু থাদোকপনি) অস্থুম্না হায়বৈ । ১১ ।

তাৎপর্য্য বা

জ্ঞানী ওইবা মীনা হকচাংসিবু ঐনি হায়না কদোইঙদস্থু নাপশ তৌদে। ব্যবহার তৌবা মতমদা মানা হকচাংশিবু "ঐ" হায়রবস্থু আত্মাবু তম পুম্নমক্ত হকচা দগী তোপ্না খঙহুনা লৈ। মরম অসিনা জ্ঞানীনা কর্ম্ম তৌরবস্থু তৌদবগা চপ মান্নবা লৈ, অহুগা অজ্ঞানীদি হকচা সিবু ঐনি হায়না খঙবা মরমদগী হকচাংনা তৌবা কর্ম্ম (থবক) পুম্নমকপু মানা তৌবনি খল্লি। মরম অসিদগী মানা কর্ম্ম বু থাদোকপা ঙমদে মানা কর্ম্ম গী মহৈ থাদোকপা অহুতবু লৌরগা মাবু ত্যাগীনি অস্থুম্না হায়বৈ। অজ্ঞানীনা কর্ম্ম থাদোকপা ঙমদে হায়রবসিদি অহানবদস্থু শ্রীভগবান্না "নহি কশ্চিৎ ক্ষণমপিজাতু তিষ্ঠত্যকর্ম্মকৃৎ" (গীতা ৩।৫) "কনা অমত্তস্থু মীকুপ অমত্ত ফাওবস্থু থবক তৌদনা কদোইঙদস্থু লৈবা ঙমদে" অস্থুম হায়খ্রে ॥ ১১ ॥

সাত্ত্বিক ত্যাগ তৌবা মীনা পুক্নীং শেংবা মরমদগী আত্মজ্ঞান ফহুনা কর্ম্ম পুম্নমকপু থাদোক্লুনা সন্ন্যাসী ওই ওহুগা কর্ম্মগী মহৈ পামহুনা কর্ম্ম তৌহুনা লৈবা মীশিংনদি কর্ম্ম গী মহৈবু মথল অহুম থোক্লা ফং ই হায়বসিবু হৌজিক ভগবান্না অস্থুম্না তাক্লি—

অনিষ্টমিষ্টং মিশ্রঞ্চ ত্রিবিধং কর্ম্মণ ফলম্ ।
ভবত্যত্যাগিনাং প্রেত্য ন তু সন্ন্যাসিনাং ক্বচিৎ । ১২ ।

অন্বয় ব্যাখ্যা :—অত্যাগিনাম=কর্ম্ম গী মহৈগী অপাম্ববু থাদোকপা তৌদনা কর্ম্ম তৌহনা লৈবা মীশিংগী, প্রেত্য=শিরবা তু দা কর্ম্মণ =মথোয়না তৌবা পাপ পুণ্য কর্ম্মগী মতুংইন্না, অনিষ্টং =অনাবগী মশক ওইবা, ইষ্টং=নুংঙাইবগী মশক ওইবা, মিশ্রং চ=অমস্থুং অনা নুংঙাই মান শিনবগী মশক ওইবা, ত্রিবিধং ফলং ভবতি=মথম অহুমসিগী মহৈ ওই, তু=অদুবু, সন্ন্যাসিনাম্—

আত্মজ্ঞান ফংলবা সন্ন্যাসশিংগীদি (কর্ম্মত্যাগীশিংগীদি), ক্বচিৎ ন ভবতি=কদাইদসু কর্ম্মগী মহৈ ফংবা ওইদে । ১২ ॥

**অপুনবা অর্থ —** কর্ম্মগী মহৈগী অপাম্বগু থাদোকপা তৌদনা কর্ম্ম তৌথুবা লৈবা মীশিংগী শিরবা তুংদা মখোয়না তৌখিবা পাপ পুণ্য কর্ম্মগী মতুংইন্না অরাবগী মশক ওইবা নুংঙাইবগী মশক ওইবা অমসুং অরা নুংঙাই যানশিনবগী মশক ওইবা মখল অহুমগী মহৈ ওই অদুবু আত্মজ্ঞান ফংলবা সন্ন্যাসীশিংগীদি কদাইদসু কর্ম্মগী মহৈ ফংবা ওইদে ॥ ১২ ॥

**অপাম্বা বা**

শ্লোকসিদা "সন্ন্যাসিনাম" হায়বা ৱাহৈসিদগী মহৈগা লোয়নবা কর্ম্ম পুম্নমক থদোকুবা মকোক ওইবা সন্ন্যাস লৌথুবা (লন্থোইথনা) লৈবা আত্মজ্ঞানীশিংবু লৌগদবনি । মরমদি মখোয়না শিরবা তুংদা কর্ম্মগী মহৈ কবিমত্তু যলোই মখোয়দি মতম অহুমা (তিনি মতমদা) ব্রহ্মদা তিন্নবা অমত্তু ওইনা লৈ । অদুগা জ্ঞান ফংনী হুনা কর্ম্মগী মহৈ থাদোকপা তৌদনা কর্ম্ম তৌথুবা লৈবা অজ্ঞানীনা জ্ঞান ফংত্রিংগী মমাঙদা কনিগুম্বা শিখিবা থোক্লবদি মতুংগী মপোক্কী মায়না তৌখিবা কর্ম্মগী মতুংইন্না শোয়দনা মখল অহুমগী মহৈগী মনুংদা চংলগনি । অমদি যংগনি । ফংগদবা মপোক অদুদা মায়না অমুকহন্না হৌ নত্তবা জ্ঞান ফংবসু যাই অদুগা জ্ঞান ফংলবদি মহাক অমুক হন্না পোক্লরোই । জ্ঞাননগী কর্ম্ম পুম্নমক মাঙহনবা হায়বসি শ্রীভগবাননা মসুম্না হায়খ্রে— "জ্ঞানাগ্নিঃ সর্ব্বকর্ম্মাণি ভস্মসাৎ কুরুতে তথা" (গীতা ৪ । ৩৭) অসিগী মশক ওইবা মৈনা কর্ম্ম পুম্নমকপু উং ওইহল্লী ।" মরম অসিনা মপোক ফংলবা কর্ম্ম হৈত্তবা মনুষ্য জ্ঞানী অমুক হন্না পোক্কে মাদি মতম পুম্নমকীদমক ব্রহ্মদা তিন্নুনা ব্রহ্মগী মশক ওইনা লৈ । অদুবু অজ্ঞানী শিংদি মখোয়না তৌখিবা কর্ম্মশিং মাঙহনবা ময়মদগী মহগী মতুংইন্না মহৈ চানবগীদমক হন্না পোক্কনবা লৈ । মখোয়না তৌখিবা কর্ম্মশিংগী মনুংদা পাপ কর্ম্মগী মহৈ অরাবনি পুণ্য কর্ম্মগী মহৈ নুংঙাইবনি অদুগা পাপ অমসুং পুণ্য ওইবা কর্ম্মগী মচাদি অরানুংঙাইবনি । ১২ ॥

জ্ঞানী ওইবা মীনা মশাবু অতৌবা মীনি (কর্ত্তানি) অমসুং অচাবা মীনি (ভোক্তানি) হায়বা বাখল থাদোক্লুনা লৈবা মনুষ্য কর্ম্ম পুম্নমকপু থাদোকপা ঙম্মী অদুগা অজ্ঞানী ওইবা মীনা হকচা শিবু মশানি খঙহুনা লৈবা মনুষ্য কর্ম্ম থাদোকপা ঙমদে হায়বসি অথাবনদা হায়খ্রে । তৌরিক অজ্ঞানীশিংনা তৌরিবা কর্ম্মশিংগী মরম মথাবু শ্লোক মরিনা অসুম্না তাকপা হৌই ।

পঞ্চৈতানি মহাবাহো কারণানি নিবোধ মে ।
সাংখ্যেকৃতান্তে প্রোক্তানি সিদ্ধয়ে সর্ব্বকর্ম্মণাম্ ॥ ১৩ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা :—** মহাবাহো = পাম্বোম চাউবা হে অর্জ্জুন । কৃতান্তে=কর্ম্ম পুম্নমক মহৎদা লাইবা, সাংখ্যে=বেদান্ত শাস্ত্রদা, সর্ব্বকর্ম্মণাং সিদ্ধয়ে=কর্ম্ম পুম্নমকপু পাঙথোকপা থাবগীদমক,

প্রোক্তানি=নীংথিনা হায়খিবা ( তাকখিবা ), এতানি পঞ্চ কারণানি=মসিম মঙাসিবু, মে নিবোধ =কৃষ্ণ ঐনা হায়বা মতু ইন্না নহাক্না ( অর্জুননা ) খঙউ ॥ ১৩ ॥

অপনবা অর্থ — পাম্বোম চাউবা হে অর্জুন। কর্ম্ম পুম্নমক লোইবগী মকম ওইবা বেদান্ত শাস্ত্রদা কয় পুম্নমকপু পাংথোকপা য়াবগী নীংথিনা তাকখিবা মসিম মঙাসিবু কৃষ্ণ ঐনা হায়বা মতু ইন্না নহাক্না খঙউ ॥ ১৩ ॥

তৎপর্য্য য়া

শ্লোকসিদা শ্রীভগবান্না "সাংখ্য" হায়বা বাইসিনা জীব অমসুং ব্রহ্মবু অমংবা শব্দমদা অমত্ত ওইনা খঙনবা বেদান্ত শাস্ত্রবু হায়রি। কপিল ঋষিগী মশী কক্না তত্ত্ব কুমমঙবু তাকপা সাংখ্য শাস্ত্রবু লৌত্রবা হায়বা নত্তে, মতদদি (কপিলগী সাংখ্য শাস্ত্রদদি) ঈশ্বর নৈ হায়বসিবুসু য়াদে সূপ্রা প্রকৃতি অমসুং পুরুষ (জীবাত্মা) অনীসিবু লৌত্রবা বিচার তৌবনি। মসমসিনা প্রাধান্যেন জীবব্রহ্মণোরৈক্যং সংখ্যায়তে=প্রাপাদ্যতে যস্মিন্নিতি সাংখ্যম—বেদান্তশাস্ত্রম্"— "মসি ওইনা জীব অমসুং ব্রহ্ম অমত্তনি হায়না তাক্লিবা বেদান্ত শাস্ত্রবু সাংখ্য কৌই।" অদুগা বেদান্ত শাস্ত্রদি উপনিষদশিনি মখোয়শিং অদুদা অহংব্রহ্মাস্মি" (বৃ উ (১।৪।১) "ঐ ব্রহ্মনি।" "তত্ত্বমসি" (ছা উ ৬।৮।৭) "ব্রহ্মহ্ নি "অয়মাত্মা ব্রহ্ম (বৃ উ ২।৫।১৯) "জীবাত্মাসি ব্রহ্মনি।" অসিনচিবা মন্ত্রশিংনা জীবাত্মাসিবু ব্রহ্মনি হায়বা তাক্লি। ব্রহ্ম নত্তবা অতোপ্পা পোৎ অমত্ত লৈতে উরিখঙলিবা পোৎ পুম্নমকসিদি মঙদা উবা অমসুং খঙবা পোৎকী মতৌগুম্বা ওঙকনি। মসম অসিনা আত্মাবু খঙলবদি পুম্নমক খঙবা ওই। আত্মাদগী অতোপ্পা ওইনা খঙনবা অমংবা পোৎ অমত্ত লৈতেদে। মসিম অসিনা শ্রুতিনা হায়রি— "আত্মনি অরে বিজ্ঞাতে সর্ব্বমিদং বিজ্ঞাতং ভবতি।" (বৃ উ ২।৪।৫) হে মৈত্রেয়ী। আত্মাবু শংশংবা খঙলবদা পম্নমকসি নীংথিনা খঙবা ওই।" অদুগা "কৃতান্তে" অসি "সাংখ্যে' শব্দসিগী বিশেষণনি। "কৃত গী অর্থদি কর্ম্মনি। মসম অসিনা "কৃতানাং—কর্ম্মণাং অন্ত =পরিসমাপ্তি যস্মিন্নিতি কৃতান্তম।' "কর্ম্ম পুম্নমক মতদা লোইবা অদুবু কৃতান্ত কৌই। ব্রহ্মজ্ঞান পোকহনবা ওন্না বেদান্ত শাস্ত্রদ কর্ম্ম পুম্নমকসি লোই। মসম অসিনা শ্রীভগবান্না অহানবদা হায়রে। "সর্ব্বং কর্ম্মাখিলং পার্থ জ্ঞানে পরিসমাপ্যতে' (গীতা ৪।৩৩) হে পার্থ। কর্ম্ম পুম্নমক লেমহৌবা তৌদনা জ্ঞানদা লোই। মসম অসিদগী আত্মজ্ঞান পোক্লবতদা কর্ম্ম পুম্নমকপু থাদোকপা ওস্মি আত্মজ্ঞান লৈরবদি কর্ম্মবু পূমথা থাদোকপা য়াদে ॥ ১৩ ॥

কর্ম্মগী অতৌবা মী (কর্ত্তা) অমসুং অচাবা মী (ভোক্তা) আত্মা নত্তে, কর্ম্মগী তৌব মচিংবা মসম মঙা লৈ হায়খিবসিবু হৌখিক ভগবান্না অস্মুন্না তাক্লি—

অধিষ্ঠানং তথা কর্ত্তা করণঞ্চ পৃথগ্বিধম্।
বিবিধাশ্চ পৃথক্ চেষ্টা দৈবঞ্চৈবাত্র পঞ্চমম্ ॥ ১৪ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—** ( কম্ম গী অহানবা মরম ) অধিষ্টানম—অপাম মিহৌ অরা নুংঙাইনচিংবা ভাবগী ফোংদোকুকম ওইবা হকচা ( অনীশুবা মরম ) তথাকর্ত্তা—মতৌ অদুম্না জ্ঞান শক্তি মতুদা মকোক ওইবা লৈবা অমম্ভুং "ঐ অতৌবনি" "ঐ অচাবনি" হায়না নাপল তৌবা অহংকার ( চেতন আভাস হায়বদি চেতনগী মিগী মশক ওইবা মঙালগা লোয় বা অন্তঃকরণ) (অহুমশুবা মরম) পৃথক বিধম চ করণ—অদুগা রূপ রসনচিবা বিষয়শিংবু লৌবদা অমম্ভ চং খোংপনচিবা জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা খোংথুনচিবা কর্মেন্দ্রিয় মঙা মন অমম্ভ বুদ্ধি পুনা তরানিথোই ( মরিশুবা মরম ) বিবিধা চ পৃথক চেষ্টা=মতৌ অদুম্না মখল মখা য়াম্না তোংনা তোংনবা সোর কোন্দোক কোন্জিন নচিবা চেষ্টা ( ক্রিয়াগী মশক ওইবা থবক ) তৌহুনা হকচাগী মনুংদা লৈবা প্রাণ অপান নচিংবা মুংশিংশি চ—অদুগা অত্র পঞ্চমম=মসিদা মঙাশুবা মরমদি দৈব এব—মথক্তা হায়রিবা মরম মরিসিগী অধিষ্টাতা ( মপু ) ওইহুনা লৈবা পৃথিবীনচিবা দেবতাশিংনি। ১৪ ॥

আপুনবা অর্থ —( কম্মগী অহানবা মরম ) অরা নুংঙাইনচিংবা ফোংদোকুবগী মফম ওইবা হকচা ( অনীশুবা মরম ) মতৌ অদুম্না মতুদা জ্ঞান শক্তি লৈবা অমম্ভ "ঐ অতৌবনি" (কর্ত্তানি) হায়বা নাপল তৌবা অহংকার (অন্তঃকরণ) (অহুমশুবা মরম) রূপ রসনচিবা বিষয়শি লৌবদা অমম্ভ চং খোংপনচিবা থবক তৌবদা সাধন ওইবা মীং লৈযেনচিবা জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা খোংথুনচিংবা কর্মেন্দ্রিয় মঙা মন (পুক্নীং) অমসুং বুদ্ধি মখোয় পন্না তরানীথোই ( মরিশুবা মরম ) মতৌ অদুম্না মখল মখা য়াম্না তোংনা তোংনবা সোর কোন্দোক কোন্জিন নচিবা চেষ্টা ( ক্রিয়াগী মশক ওইবা থবক তৌহনা ) হকচাংগী মনুংদা লৈবা প্রাণ অপান নচিংবা মুংশিংশি অদুগা মসিদা মঙাশুবা মরমদি মথক্তা হায়রিবা মরম মরিসিগী মপু ওইহুনা লৈবা পৃথিবীনচিংবা দেবতাশিংনি ॥ ১৪ ॥

## অথূপ্পা বা

অশেংবা মওংদা আত্মাসি মফম পুম্নমক্ত শীনথুংবা লৈবা অমম্ভ চেতন ওইহুনা মতম পুম্নমক্ত মশা মতোমদা ঙান্দুনা লৈবা অদুগা মতোন্দা ক্রিয়া লৈতবা মরম্না কর্ত্তা ( অতৌবা মী ) অমসুং ভোক্তা ( অচাবা মী ) নত্তে। মচি অমদা লৈরগা লেংখোংপনচিংবা ক্রিয়া তৌহনা থবক তৌরিবা পোং অহং কর্ত্তানি ( অতৌবা মীনি )। শীনথুংবা লৈবা পোক্ত ক্রিয়া লৈতে। মসম অসিবা আত্মা কর্ত্তা নত্তে অদুগা ভোক্তাসু নত্তে, মরমদি কর্ত্তা ওইহুনা তৌরবদতা মহুগী

মহে চাবা মী ( ভোক্তা ) ওইগদবনি। আত্মাদি কর্ত্তা ওইদবা মরম্না ভোক্তা ওইবা য়াদে। মরম অসিনা শ্রীভগবান্না মমসিদা কর্ম্ম ( থবক ) তৌবদা চঙগদবা মরম মঙাবু তাকপনি। মহাগী মনুংদা অহানবা মরমদি পঞ্চভূতনা ( লৈপাক ঈশিং, মৈ নুংশিং অমসুং অতিয়া ভূত মঙানা ) শাবা অপোবা হকচাংসি কর্ম্ম তৌনবম ওইবা মরম্নি হকচাংতদা কম্ম তৌবা য়াই হকচাং লৈতনা কম্ম তৌবা য়াদে। অনীশুবা মরমদি জ্ঞান শক্তি লৈবা অমসুং, অকুপ্পা পঞ্চভূতনা শাবা অহংকারনি ( অন্ত করণনি )। য়াম্না তরু তরুবা অশেংবা পোং অমা ওইবা মরম্না অন্ত করণসিদা চেতন আত্মাগী আভাস ( মিগী মশক ওইবা মঙাল ) তাই। মঙাল অদুগা লোয়নবা অমত্তা ওইবা লৈবা মরমদগী জ্ঞান শক্তি লাকপা মরম্না মশামকপু চেতননি খন্দুনা অন্ত করণ কর্ত্তা অমসুং, ভোক্তা ওই অদুগা "ঐনা তৌবনি অমসু চাবনি হায়বা নাপল তৌই। অসুম্না নাপল তৌবা অদুদগী অন্ত করণবু অহংকার হায়নসু কৌই। মতৌ অসুম্না অন্ত করণসি কম্মগী ( থবক তৌবগী ) অনীশুবা মরম কাবনি। অদুগা অহুমশুবা মরমদি রূপ রসনচি বনু লৌদুনা লৈবা মীং লৈয়েনচি বা জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা ( জ্ঞান তৌনবা ইন্দ্রিয় মঙা ) খোং খুৎনচি বা কর্ম্মেন্দ্রিয় ( থবক তৌনবা ইন্দ্রিয় ) মঙা অদুগা নাখলনচি বা তৌদুনা লৈবা মন অমসু বুদ্ধি মখোয় তরানিথোই অসিনি। মখোয়সিবু তোঙান তোঙানবা করণ ( মদুনা মরম ওইদুনা তৌবা য়াবা ) হায়না কৌই। মতৌ অসুম্না কম্মগী মরিশুবা মরমদি ক্রিয়া শক্তি লৈবা প্রাণ অপান ব্যান উদান অমসুং, সমান অদুগা নাগ কুর্ম্ম কৃকর দেবদত্ত অমসুং, ধনঞ্জয় কৌবা হকচাংগী মনুংদা মতম পুম্নমক্ত চত্তুনা লৈবা নুংশিং তরা অসিনি। মখোয়না হোংনবদগী ( চেষ্টা তৌবদগী ) কম্ম ( থবক ) পুম্নমকসি পাঙথোক্লিবনি। অমঙা মঙাশুবা কম্মগী মরমদি — মথক্ত হায়খ্রিবা মরম মরি অসিগী অধিষ্ঠাতা ওইবা ( মপু ওইদুনা লৈবা ) পৃথিবীনচি বা দেবতাশিংনি ( লাইশিংনি )। মখোয়না হর্না ন্দুনা কর্ম্ম পুম্নমকসি পাঙথোক্লবা ঙাক্কনি। হকচাংনচিংবা মরম মরিগী অধিষ্ঠাতা ( মপু ওইদুনা লৈবা ) দেবতাশিংব মথ দা মথং মনাও নাইনা হায়রি —

| | | |
|---|---|---|
| অধিষ্ঠান — | হকচাংগী দেবতা | পৃথিবী |
| কর্ত্তা | অহংকারগী " | রুদ্র |
| করণ জ্ঞানেন্দ্রিয় | কর্ণগী ( নাকোংগী ) দেবতা | দিক ( মায়কৈ ) |
| | ত্বকগী ( উরশাগী ) | বায়ু ( নুংশিং ) |
| " " | চক্ষুগী ( মীৎকী ) " | সূর্য্য ( নুমিৎ ) |
| " " | রসনাগী ( লৈয়েগী ) " | বরুণ ( ঈশিং ) |
| " " | নাসিকাগী (নাতোনগী) " | অশ্বিণীকুমার |

| | | | |
|---|---|---|---|
| করণ কর্ম্মেন্দ্রিয়— বাককী | (বা ডাঙনবা লৈতোবগী) | দেবতা | অগ্নি ( মৈ ) |
| ” ” | হস্তগী ( খুৎকী ) | ” | ইন্দ্র |
| ” ” | পাদগী ( খোঙগী ) | ” | বিষ্ণু |
| ” ” | পায়ুগী (অমা থোঙগী) | ” | যম |
| ” ” | উপস্থগী (ঈশি থোঙগী | ” | ব্রহ্মা |
| ” জ্ঞান শক্তি — | মনগী ( পুক্কী গী ) | ” | চন্দ্র ( থা ) |
| ” ” | বুদ্ধিগী ( লৌশিংগী ) | ” | বৃহস্পতি |
| ” ক্রিয়াশক্তি — | প্রাণগী | দেবতা | সদ্যোজাত |
| ” ” — | অপানগী | ” | বামদেব |
| ” ” — | সমানগী | | অঘোর |
| ’ — | উদানগী | ’ | তৎপুরুষ |
| ’ — | ব্যানগী | | ঈশান |

মসিদা সদ্যোজাতদগী হৌদুনা ঈশান ফাওবসি মহাদেবগী অতোপ অতোপ্পা মওংগী লাই মচাশিং। অদুগা বাগ কর্ম্মেন্দ্রিয়শিংদি প্রাণশক্তিবগী মনুং চন্না লৈবা মরম্না মখোয়গী অতোপ্পা অধিষ্ঠাতা দেবতা অমত্তা লৈতে। মতৌ অসুম্না হকচাংদগী হৌদুনা অধিষ্ঠাতা দেবতাশিং ফাওবা মরম মঙা অসিনা কর্ম্ম ( থবক ) পুম্নমক তৌবনি। আত্মাদি মতম পুম্নমক নিরিন্দ্রিয় ( ক্রিয়া লৈতবা ) ওইনা লৈবদগী অশেংবা মওংদা করিগুম্বা থবক অমত্তা তৌদে। মসিবু খঙদনবা মীনা আত্মাবু কর্তা অমসুং ভোক্তানি খনবা লৈবা মরমদগী সংসারদা পুন্দুনা লৈরিবনি হায়না সিবু ভগবান্না তাকপনি ॥ ১৪ ॥

মতৌ অসুম্না কর্ম্ম ( থবক ) তৌবদা চঙবা মখল মঙাগী মরম্সি মশক তাক্লগা হৌজিক মখোয়না তৌবা কর্ম্মগী মখল অহুমবু অসুম্না তাক্লি—

শরীরবাঙ্মনোভির্যৎ কর্ম্ম প্রারভতে নর ।
ন্যায্যং বা বিপরীতং বা পঞ্চৈতে তস্য হেতবঃ ॥ ১৫ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা :- নর = মীওইবনা শরীর বাগ-মনোভি = হকচাং, বাহৈ, অমসুং পুক্কীং অহুমসিনা মরম ওইদুনা, ন্যায্যং বা = অচুম্বা ( শাস্ত্রনা তৌ তাকপা নত্রগা শাস্ত্রনা তৌগনু হায়না থিংদবা ), বিপরীতং বা = অমদি চুমদবা ( শাস্ত্রনা তৌগনু তাকপা নত্রগা ব্যবহারদা ফত্তবা ),

বং কর্ম্ম প্রারভতে=করিগুম্বা থবক অমা তৌবা হৌই, তস্য=অহুম্না তৌরিবা থবক'তুগী, পঞ্চ এতে হেতব =মথক্তা হায়খিবা মঙাসি মরম্নি। ১৫।

**অপুনবা অর্থ:—** মীওইবনা হকচা রাহৈ অমসুং পূক্নী, অহমসিনা মরম ওইহনা অচুম্বা (অকবা) নত্রগা চুমদবা (কত্তবা) করিগুম্বা থবক অমা তৌবা হৌই অহুম্না তৌরিবা থবক অতুগী মথক্তা হায়খিবা মখল মঙাসি মরম্নি ॥ ১৫ ॥

অথুঙ্বা ৫।

মসিদা "মরম" হ রবদি "মীওইবনা" অস্তুম্না হায়বা অসিদগী কর্ম্ম তৌবদা মতীক চাবা অসি মী ওইবা পোকপা জীবমক্তনি। লাই শাওানচিবা মপোক্তা পোকপা জীব কর্ম্ম তৌবদা মতীক চাদে মখোয়দি মখোযনা অজ্ঞানবা মীওইবগী মপোক্ত তৌখিবা কর্ম্মশিগী মহৈ ফননবগী দমক লাই নচি। মপোক ফ হুবা লৈবনি। অহুগা মীওইবনা তৌব থবক অসিস্ত হকচাংনা তৌবা রাঙাঙবা তৌবা অমস্ত পক্রী না শৌবা খেন্নবদগী অহুম থোক্তা খায়। থবক অহুম অসিদগী অতোপ্পা থবক অমত্ত লৈতে। প মক অহুমসগী মনুংচনবা ঙাক্তনি। মতৌ অস্তুম্না অফ কত্ত থবক অহুমসিবু মীওইবনা কৌদা মপক্ত হায়খিবা মরম মঙা অসিনি মাসদগী অতোপ্পা মরম অমা লেতে হায়বসি নিভাবাগা নাম অসিদা তাক্লি। ৫ ॥

মতৌ অস্তুম্না মথক্তা হায়খিবা মরম মঙা অদিদবা থবক পুম্নমক পাংথোকপনি আত্মাদি মঙাস্রিগী মনুং চন্দে মরম অনি না আত্মাবু কতা ন (অতৌবা মীনি) খঙবা মী অজ্ঞানী ওইবা অপঙবা মীনি হায়বসিবু শ্রীভগবান্না অস্তুম্না তাক্লি—

তত্রৈবং সতি কর্ত্তারমাত্মানং কেবলং তু যঃ।
পশ্যত্যকৃতবুদ্ধিত্বান্ন স পশ্যতি দুর্ম্মতিঃ ॥ ১৬ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** —তত্র=থবক পুম্নমক তৌবা অহুদা এবং সতি=মথক্তা হায়খিবা হকচাং-নচিংবা মঙাসিদা মরম ওইবনি লেপ্পবদা য তু=মীহুনা কেবলম আত্মানম=অনৌশুবা পোং লৈত্তবা মতোমদা ঙান্দুনা লৈবা অমসুং ক্রিয়া অমত্ত লৈতবা আত্মাসিবু কর্ত্তারং পশ্যতি — কর্ত্তানি (অতৌবা মী) হায়না য়েংই (খঙই) স দুর্ম্মতি =অহুগুম্বা কত্তবা রাখল থম্বা মীহুনা অকৃত-বুদ্ধি ত্বাৎ—শাস্ত্র য়েংহুনা অমসুং অখঙবা আচার্য্যগী মনাক্ত চংলগা হংহুনা বুদ্ধি শেংদোক্তবা মরমদগী ন পশ্যতি=আত্মাগী অশেংবা তত্ত্বহু উদে (খঙদে)। ১৬ ॥

**অপুনবা অর্থ।—** থবক পুম্নমক তৌবহুদা মথক্তা হায়খিবা হকচাংনচিংবা মঙাসিদা মরম ওইবনি লেপ্পবদা মীহুনা অনৌশুবা লৈংবা ম ঙান্দা ঙান্দুনা লৈবা অমসুং ক্রিয়া লৈত্তবা আত্মাসিবু

কর্ত্তানি ( অতৌবা মীনি ) হায়না খঙই অচুগুম্বা ফত্তবা রাখল থম্বা মীচুনা শাস্ত্র য়েংচুনা অমসুং অখণ্ডবা আচার্য্যগী মনাক্তা চংলগা হংচুনা বুদ্ধি শেংদোকতবা মরমদগী আত্মাগী অশেংবা তত্ত্বচু খঙদে ॥ ১৬ ॥

## অথুপ্পা বা

আত্মা অমত্তনি মহাক্তি মরম পুম্নমক্তা অমত্ত ওইবা আকাশগী মতৌগুম্না শীনথুংনা লৈরিবনি। ঐখোয়না ব্যবহারগী মতমদা ময়াম ওইনা উরি খণ্ডলিবসিদি আকাশ অমত্ত ওইরবসু য়ুম কৈ, চক্ফনচি বা উপাধি ময়ামগী মনুংদা চঙচুনা যুম মনু গী আকাশ কৈ মনু গী আকাশ অসি নচিংবা ময়াম ও না আকাশবু উবা অমসুং খঙবগী মতৌগুম্না অন্ত করণ (পুক্নী ) ওইবা উপাধিশিং হকচাং খুদি মক্তা খেন্নবদগী মচুগী মনু চন্না শীনথু না লৈরিবা অমত্ত ওইবা আত্মাবু ময়াম ওইনা উবদনি অমসুং খঙনবদনি, অশেংবমক্তি ক্রিয়া অমত্ত লৈতবা অমসু শীনথু না লৈবা আত্মা অমত্তনি। মরম অসিনা শ্রুতিনা হায়রি— " কবলো নির্গুণশ্চ" (শ্বে উ ৬ | ১১) "অনীগুবা পোং অমত্ত লৈতবা অমসু গুণ অমত্ত লৈতবা আত্মানি।" "নিষ্কলং নিষ্ক্রিয়ং শান্তম" ( শ্বে উ ৬ | ১৯) আত্মাসি মচেং মকায় তাবা পোং নত্তে শীনথু না লৈবা মরম্না ক্রিয়া ( চং খোংপ নচিংবা) লৈতবনি। মরম অসিনা ব্যবহারদা (চংনবীদা) কর্ত্তানি (অতৌবনি) হায়রিবসিদি অচেতন ওইবা অন্ত করণনি নুমি মঙালগী মশেক (আভাস) তারগা নুংশেল অঙানবা পোং ওইবগী মতৌ-গুম্না শীনথুংনা লৈবা চেতন আত্মাগী আভাস (মশেক) তারগা অন্ত করণসিদ মশেক অচুগা অমত্ত ওইনা শৈনচুনা চেতন ওইবগুম তৌনা লৈ। মচুদগী অন্ত করণসি মশামক চেতনগী মতৌগুম ওইচুনা থবক পুম্নমক্তা অতৌবা ( কর্ত্তা ) ওই। মসিদগী বেদান্তদর্শনদা অসুম্না হায়রি—"আভাস এব চ" (বেদ ২ ৩ ৫ ) "ব্যবহারগী ওইনা জীবাত্মাসি অন্ত করণদা তাবা চেতনগী মশক্লি।" মতৌ অসুম্না চেতনগী মশক অচুবু লৌচুনা অন্ত করণনা ঐ কর্ত্তা অমসু ভোক্তানি হায়না চাউ থোকপা মরমদগী মাবু অহংকার কৌবনি। মরম অসিনা চেতন আত্মাসি অশেংবা মওঙদা কর্ত্তা অমসুং ভোক্তা নত্তে। শ্রুতিনসু অসুম্না হায়রি— একস্তথা সর্ব্বভূতান্তরাত্মা ন লিপ্যতে লোক দুঃখেন বাহ্য (কঠ উ ২। ২। ১১) নুমিৎনা মপানগী অফ-ফত্ত করিগুম্বা পোং অমত্তগা লোয়ননা শম্নদবগী মতৌগুম্না থরায় পানবা পুম্নমক্তী মনুং চন্না লৈবা আত্মাসি অমত্তনি মহাক ব্যবহারগী অরা মুংঙাইগা লোয়ননা করিমত্তা শম্নদে, মহাক্তি মতম পুম্নমক্তা মচুগী (অরা নুংঙাং নচিংবগী মপান্দা লৈবনি।' মতৌ অসুম্না আত্মা কর্ত্তা নত্তে হায়বসিবু শ্রীভগবান্না অহানবদসু হায়খ্রে—

প্রকৃতেঃ ক্রিয়মাণানি গুণৈঃ কর্ম্মাণি সর্ব্বশঃ।<br>অহংকারবিমূঢাত্মা কর্ত্তাহমিতি মন্যতে ॥

( গীতা ৩। ২৭ )

"প্রকৃতিগী মগুণ ওইদুনা লৈবা সত্ব রজ অমসুং তম গুণ অদুমসিনা মথল পুন্নমক্তা থবক তৌবা ঙাক্তনি, অদুবু অহংকারনা ওমহল্লুনা লৈবা মীনা মশাবু (আত্মাবু) কর্ত্তানি হায়না খল্লী।" মরম অসিনা ঙম্বা মথে হোৎনদুনা য়াইফবা পাম্বা মীনা অশেংবা শক্তমদা আত্মাবু কর্ত্তানি হায়না খংবসিবু থাদোক্নবা হোৎনগদবনি ॥ ১৬ ॥

অদু ওইরবদি কনানা আত্মাসিবু অকর্ত্তানি (অতৌবা নত্তে) খঙই অদুগা পাপ পুণ্য কর্ম্মগী মহৈ অরা মুংঙাই ফংদবগে হায়না চিংনরবদা শ্রীভগবাননা অস্মন্না তাক্লি—

যস্য নাহংকৃতো ভাবো বুদ্ধির্যস্য ন লিপ্যতে।
হত্বাপি স ইমাঁল্লোকান্ন হন্তি ন নিবধ্যতে ॥ ১৭ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — যস্য=শাস্ত্র য়েংদুনা অমসুং অখঙবা আচার্য্যশিংগী (গুরুশিংগী) মনাক্তা চৎলগা আত্মতত্বগী মরমদা খঙলগা কনিমক্তা চিনবা লৈত্রবা মীদুগী ন অহংকৃত ভাব = "ঐ কর্ত্তানি (অতৌবনি) হায়বা রাখল লৈতে যস্য=অদুগা অদুগুম্বা মীদুগী বুদ্ধি ন লিপ্যতে =পুক্নী সু (আত্মাগী উপধি ওইবা অন্তঃকরণসু) কনিগুম্বা পাপ পুণ্য অমত্তগা শমুদে (ঐনা পুণ্য তৌরম্মি মদুগী অফবা মহৈ ফংগনি অমসু ঐনা পাপ কর্ম্ম তৌরম্মি মদুগী ফত্তবা মহৈ ফংগনি অসিনচিংবা রাখল অমত্ত পুক্নীদা লাক্তে) স =অদুগুম্বা মীদুনা ইমান লোকান হত্বা অপি=থরায় পানবা পুম্নমকসিবু হাৎপা ওইরবসু ন হন্তি=কনামত্তবু হাত্তে ন (চ) নিবধ্যতে= অমসুং মহাক হাৎপগী মহৈ ওইনা স সারসিদা পুন্দুনসু লৈতে (শিরবা মতু দা মুক্ত ওই) ॥ ১৭ ॥

অপূনবা অর্থ°—শাস্ত্র য়েংদুনা অমসু অখঙবা আচার্য্যশিংদা চত্তুনা আত্মতত্বগী মরমদা কনিমত্তা চিনবা লৈত্রবা মীদুগী "ঐ কর্ত্তানি' (অতৌবনি) হায়বা রাখল লৈতে অদুগা মীদুগী বুদ্ধিদসু কনিগুম্বা পাপ পুণ্য অমত্তগা শমুদে অদুগুম্বা মীদুনা থরায় পানবা পুম্নমকসিবু হাৎপা ওইরবসু হাৎপা ওইদে অমসুং হাৎপগী মহাক স সারসিদা পুন্দুনসু লৈতে (শিরবা মতুংদা মুক্ত ওই) ॥ ১৭ ॥

অথুপ্পা বা

শাস্ত্র অমসুং আচার্য্যগী উপদেশ খঙ তদুনা পুক্নীং শেংদোকপ্রবা অমসুং আত্মতত্বগী মরমদা মীংথিনা খঙলবা মীদুনা মশাবু "ঐ অতৌবনি" (কর্ত্তানি) হায়বা রাখল খন্দে। অধিষ্ঠাননচিংবা (হকচাংনচিংবা) মথক্তা হায়খিবা মথল মঙাগী মরমশিং অদুদনা হাৎপনচিংবা থবক পুম্নমক তৌবনি, ঐদি (আত্মাদি) মখোয়না তৌবা থবক পুম্নমকপু ঙাক্তোক্লনা থম্নগা সাক্ষী ওইনা য়েংদুনতা লৈবনি হায়বসি লেপ্পী। মরমসিনা শ্রুতিনা হায়রি— "অপ্রাণো হ্যমনাঃ শুভ্রোহক্ষরাৎপরতঃ পর (বৃ উ ২।১।২)" 'আত্মাসি প্রাণ (থবায়) লৈতবনি,

মন ( পুক্লী৲ ) লৈতবনি, য়াম্না শে৲বনি অমসু৲ থবক পুম্নমক্কী মক্ক ওইদুনা অখোইবা অমসু৲ মাওবা লৈতবা মায়া ( প্রকৃতি ) দগীসু য়া৲মদা লৈদুনা খ্বায়দগী অখোইবনি।" "অসঙ্গোহ্যমং পুরুষং" ( বৃ° উ ৪।৩।১৫ ) "থৱায় পাননবা পুম্নমক্কী হৃদয়দা লৈবা আত্মাসি কনা অমত্তগা লোয়নননা শম্ন দ। মৱমসিনা অশে৲বা শক্তমদা আত্মাসি কর্ত্তা ( অতৌবা ) অমসু৲ পাপ পুণ্যগী ভোক্তা ( অচাবা ) নত্তে। মতৌ অসুম্না আত্মানা কনা অমত্তৱু হাত্তে ব্যবহারদা হাংলি হায়রিব সিদি হকচা নচি৲বা মথক্তা হায়খিবা মৱম মওানা তৌবা তাক্তনি। অদুবু অজ্ঞানী ওইবা মীনা আত্মাবু অহাংপা মীনি হায়না খওনবনি। মথক্তসু শ্রীভগবান্না হায়খ্রে— "শরীরস্থোঽপি ন করোতি" ( গীতা ১৩ ৩১ ) হায়না হকচা৲দ লৈরবসু কম্নিমত্ত তৌদে মতৌ অসুম্না শ্রীমদ্ভগবদ গীতাগী অরোইবা অধ্যায় অসিদা শ্রীভগবান্না অহানবদা হায়খিবা "নায়ং হন্তি ন হন্যতে" ( গীতা ২।১৯ ) আত্মানা "কনাবুসু হাত্তে অদুগা মহাক কনানসু হাংপা য়াদে" 'ন জায়তে ম্রিয়তে বা" ( গীতা ২।২ ) "আত্মা কদোইদসু পোক্তে অমসুং শিদে" অসিনচি৲ৱু লোই শিন্দুনা শম্নগ্না তাকপনি ।১৭॥

অহানবদা হকচা নচি বা মখল মওানী মৱম্না থবক পুম্নমক তৌবা ওই আত্মাদি অতৌবা নত্তে হায়বসি তাকখ্রে লৌকিক মতুমকপু অতোপ্পা মও অমা ওইনা জ্ঞান জ্ঞেয় নচিংবা খায় দোক্তুনা অসুম্না হায়রি—

জ্ঞান জ্ঞেয়ং পরিজ্ঞাতা ত্রিবিধা কর্ম্মচোদনা।
করণং কর্ম্ম কর্ত্তেতি ত্রিবিধ কর্ম্মসংগ্রহঃ ॥ ১৮ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা -- জ্ঞান৲=করিগুম্বা পোং অমবু খওনরিবা জ্ঞান জ্ঞেয়ং=জ্ঞান্না খওগদবা ( খওলিবা ) হৌরম পরিজ্ঞাতা=চেতন আত্মাগী আভাসকা ( মশেক্কা ) লোয়ননা লৈবা মৱমদগী অখওবা ওইদুনা ভোক্তা ( অচাবা মী ) ওইবা অন্তকরণ ( পুক্লী৲ ) ইতি ত্রিবিধা=মতৌ অসুম্না মখল অহুমসি কর্ম্মচোদনা=কর্ম্ম ( থবক ) তৌবদা ইনশিল্লিবা মৱম্নি অদুগা—করণং= মতুনা খ্বায়দগী অখোইবা উপায ( পাসৈ ) ওইদনা থবক পাওখোক্লিবা কর্ম্মেন্দ্রিয় মঙা জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা, মন বুদ্ধি অহংকার অমসু৲ চিত্ত মখোয় ১৪ না মশক ওইবা করণ কর্ম্ম=অখোইবা ওইনা ভোগদবা থবক, কর্ত্তা =চেতন আত্মাগী মশেক য়াওনা লৈবা অমসু৲ থুং-খোওনংবা করণবু থবক তৌবদা ইনশিন্নবা অন্তকরণ ( অতৌবা ) ইতি ত্রিবিধ — মতৌ অসুম্না মখল অহুমনি কর্ম্মসংগ্রহ — কর্ম্মগী ( থবক্কী ) চংজকম ওইবা মৱম্নি ॥ ১৮ ॥

অপুনবা অর্থ :— করিগুম্বা পোং অমবু খওনরিবা জ্ঞান জ্ঞানবা খওগদবা হিরম চেতন আত্মাগী মশেক লোয়ননা লৈবা মৱমদগী অখওবা ( জ্ঞাতা ) ওইদুনা ভোক্তা ( অচাবা মী ) ওইবা অন্তঃকরণ ( পুক্লীং ) মতৌ অসুম্না অহুমসি থবক তৌবদা ইনশিল্লিবা মৱম্নি, অদুগা মতুনা

অথোইবা উপায় ( পাম্বৈ ) ওইদুনা থবক তৌরিবা কর্মেন্দ্রিয় মঙা জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা, মন বুদ্ধি, অহংকার অমসুং চিত্ত তারামনিরিসি করণশিং ( তৌগদবা থবক কর্মশিং ) অদুগা চেতন আত্মাগী মশেক য়াওনা লৈবা অমসুং খুং খোঙনচিংববু থবক তৌবদা ইনশিনবা অন্ত করণ কর্তাশিং (অতৌবা মীশিং) মতৌ অসুম্না অকোনবগী মথল অহুমসি কর্মগী ( থবক্কী ) চঙফম ওইদুনা প্রাঙথোক্লবা মনম্মি ॥ ১৮॥

## অথুপ্পা বা

কনাগুম্বনা থবক অমা তৌগে খল্লবশিং অহানবদা থবক অদুগী জ্ঞান লৈতনা থবক অদু তৌবা য়াদে ( ঙমদে )। মরম অসিনা তৌত্রিঙৈগী মমাঙদা থবক অদুগী জ্ঞান শোয়দনা লৈবা তাই ঃ অদুগা থবক অদুগী মহৈ ফ মী.ত্রবদি কনা অমত্তনা থবক অদু তৌদে। মরমসিনা থবক অদুগী মহৈ ফ মী বা অমসু থবক অদুবু কনম্না তৌগদগে মী খিনা থঙবা ভোক্তা অহুমসি কর্ম (থবক) তৌবদা ইনশিন্নবা মনম্মি। অহুম অসিদগী অমত্ত য়াংপদা করিগুম্বা থবক অমত্ত তৌ য়াদে। অদুগা মথক্তা হায়খিবা হকচাং য়াহৈ অমসু মন ( পুক্নী ) অহুমসিনা তৌবা মথল অহুমগী কর্মশিং ( থবকশিং ) অদু করণ কম্ম অমসু কর্তা অহুমসিদা ( অহুমসিগী মতেংদগী ) পাঙ থোকপা ভাক্কনি। অহুমসিগী মনু দা করিগুম্বা থবক অমবু পাংথোক্লবা খ্বায়দগী মকোক ওইবা উপাযবু ( পাম্বৈবু ) করণ ( Instrumental case ) কৌই। মদুদি মীং নাকোংনচি বা খোঙ খুংনচিংবা কর্মেন্দ্রিয় মঙা জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা তরাসি মপাম্বোংগী পোং থঙনবা লৌনবা য়াবা করণশিং। অদুগা মন বুদ্ধি অহঙ্কার অমসু চিত্ত মরিসি হকচাং মনুংগী অরা মু ঙাই অনাবনচি বা থঙনবা অন্ত করণশিং। অচোইবা য়াখল খনবা মনশিং অহেল্লা য়াখল খনবা বুদ্ধিশিং "ঐ" হায়না খঙবা অহংকারশিং অমসুং য়াপল তৌবা চিত্তশিং। অদুগা কর্তানা (অতৌবা মীনা) পাঙথোক্কে হায়না য়াম্না পাম্লিবা অদু কর্মশিং (Object ওইনা Accusative case শিং)। মদু মথল মরিথোক্লা খাযম্মি। মদুদি— (১) উৎপাদ্য (পাঙথোক্কদৌরিবা) (২) আপ্য (ফংগদৌরবা) (৩) বিকার্য ( অতোপ্পা মওঙদা ওন্থোকহনগদৌরিবা ) অমসুং (৪) সংস্কার্য ( শেংদোক্কদৌরিবা) অসিনি। অদুগা কর্তাশিং (অতৌবশিং) মীং নাকোং খোঙ খুংনচি বা করণবু মখোয় মখোয়গী মথৌ তৌহল্লবা অমসুং চেতনগী মশেক্তা লোয়ননা লৈদুনা মশাবু চেতনশিং খঙলিবা অন্ত করণশিং (subeject ওইবা Nominative case শিং ) মাবু চংনবীদা জীব হায়নসু কৌই। অহুমসি নত্তনা সম্প্রদান (Dative), অপাদান (Ablative) অমসুং অধিকরণ (Locative) কৌবা কারক (Case) অহুম অমসু লৈ। অহুমসিবুসু শ্রীভগবাননা হায়রবা কর্তা কর্ম অমসু করণ অহুমসিদা তিনশিন্দুনা তাকপ্রবশিং থম্লগদবশিং মকোক ওইবা মরম্না অহুমসিবু মিং লৌদুনা শ্রীভগবাননা হায়বনি। অদুগা "ক্রিয়ান্বিতং কারকত্বম্" হায়বস্মি "ক্রিয়া শোয়দনা লৈবা পোংপু কারক কৌই হায়বসি সংস্কৃত ব্যাকরণগী য়েংনরা সিদ্ধান্তনি।

মরম অসিনা মথক্তা হায়রিবা কর্ত্তাদ চি‌‌ংবা কারকশিংদা ক্রিয়া শোয়দনা লৈ, ক্রিয়া লৈতবা কারক ওইবা য়াদে। অদুবু আত্মাদদি ক্রিয়া অমত্ত লৈতে মাদি মতম পুম্নমক্তা নিষ্ক্রয় ওইনা (ক্রিয়া লৈতনা) লৈ। আত্মা নিষ্ক্রিয়নি হায়বসি শ্রুতিনা প্রমাণ পীদুনা অমসুং যুক্তি তৌদুনা মথক্তা কয়ারক হন্না হায়খ্রে। মরম অসিনা আত্মা কর্ত্তা (অতৌবা মী) নত্তে হায়বসিবু শ্রীভগবান্না মফমসিদা তশেংনা তাক্লি॥ ৮॥

মথক্ত হায়খিবা জ্ঞান জ্ঞেয় নচিংবগী সত্ত্ব রজ অমসুং তম গুণ খেন্নবদগী অহুম থোক্তা খায়ব অদুবু ভৌজিক অসুম্না তাক্লি—

জ্ঞানং কর্ম্ম চ কর্ত্তা চ ত্রিধৈব গুণ ভেদত।
প্রোচ্যতে গুণসংখ্যানে যথাবচ্ছৃণু তান্যপি॥ ১৯॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — গুণ স খ্যানে=সত্ত্ব রজ অমসু তম গুণ অহুমসিগী থবকশিংবু খেন্ননা নীখিনা তাক্লিবা কপিল ঋষিগী সাংখ্য শাস্ত্রদা গুণভেদত —সত্ত্ব নচিংবা গুণ অহুম খেন্নবদগী জ্ঞানং কর্ম্ম চ কর্ত্তা চ=মথক্ত হায়খিবা জ্ঞান কর্ম্ম অমসুং কর্ত্তা অহুমসিবু ত্রিধা এব প্রোচ্যতে—মখল অহুম থোক্তা হায়রি তানি অপি = মখোয়শিং অদুবুসু যথাবৎ শৃণু = তশেং তশেংনা তাও॥ ১৯॥

অপুনবা অর্থ — সত্ত্ব, রজ অমসুং তম গুণ অহুমসিগী থবকশিংবু খেন্ননা নীংখিনা তাক্লিবা কপিল ঋষিগী সাংখ্য শাস্ত্রদা সত্ত্ব নচিংবা গুণ অহুম খেন্নবদগী মথক্তা হায়খিবা জ্ঞান, কর্ম্ম অমসুং কত্তা অহুমসিবু মখল অহুম থোক্তা হায়রি মখোয়শিংদুবুসু তশে তশেংনা তাও॥ ৯॥

অথুপ্পা রা

মথক্তী শ্লোক্তা জ্ঞান, জ্ঞেয় অমসুং জ্ঞাতাবু (অথগুবা মীবু) থবক্তী ইনশিনবা মরুম্নি অদুগা করণ কর্ম্ম অমসুং কর্ত্তাবু থবক্তী চঙজফম্নি হায়না তাকখ্রে। মখোয়শিংদুবু শ্লোকসিদা হায়ন্নিবা জ্ঞান, কর্ম্ম অমসু কর্ত্তাদা মনুং চনখ্রবনি হায়না খগুগদবনি। কবিগুপ্তা হীরম অমবু মদুনা মরম ওইনা খগুলিবা অদুবু জ্ঞান কৌই। জ্ঞান্না খগুগদবা হীরম জ্ঞেযনি হীরম লৈতনা জ্ঞান লৈবা য়াদে। মরম অসিনা হীরম ওইবা জ্ঞেয়সি জ্ঞানগী মনুং চনবনি। মফমসিদা কর্ম্মগী অর্থ কর্ম্ম কারক নত্তে, থবক্তি, মরমদি কর্ম্ম কারকপু গুণ খেন্নবদগী খেন্ননা তাকপা অয়েস্বনি। মত্তৌ অসুম্না কর্ত্তাসু কারক নত্তে, থবক অতৌবা মীবু কর্ত্তা হায়বা য়াহৈসিনা হায়বনি॥১৯॥

মতৌ অসুম্না জ্ঞান, কর্ম্ম অমসুং কত্তাগী গুণ খেন্নবদগী অহুম থোক্তা খায়নি হায়বসি তাক্লগা ভৌজিক অহানবদা জ্ঞানগী অহুম থোক্তা খায়বা অদুবু অসুম্না হায়বা হৌই—

সর্ব্বভূতেষু যেনৈকং ভাবমব্যযমীক্ষতে।
অবিভক্তং বিভক্তেষু তজ্জ্ঞানংবিদ্ধিসাত্বিকম্ ॥২ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা :— বিভক্তেষু—খায়দোক্নবা তোঙাব তোঙান্না লৈরিবা সর্ব্বভূতেষু=কোঙ-দোক্নবা অমসুং কোঙদোক্না লৈরিবা তাইবঙ পুম্নমকসিদা যেন=জ্ঞান অদুনা মরম ওইদুনা অবিভক্তম—তোঙাব তোঙান্না খায়দোকপা লৈতবা অব্যয়ম=কদৌঙৈদসু মযে, তাদুনা মাঙ তাকপা লৈতবা, এক, ভাবম=অমীগুবা লৈতবা আত্মাগী মশক ওইবা পোং, ঈক্ষতে=অধিকারী ওইবা অমসুং অন্তকরণ শেংলবা মীনা খঙই তং=অদুগুম্বা জ্ঞানদুবু সাত্বিক জ্ঞান বিদ্ধি=সত্ব গুণদগী ওইবা জ্ঞাননি ( আত্মজ্ঞাননি ) হায়না খঙউ ॥২ ॥

অপুনবা অর্থ — খায়দোক্নবা তোঙাব তোঙান্না লৈরিবা অকোং কোংদ তাইবঙ পুম্নমক সিদা জ্ঞান অদুনা মরম ওইদুনা তোঙাব তোঙান্না খায়দোক্নবা অমসুং মাঙ তাকপা লৈতবা অমত্ত অইবা আত্মাগী মশক ওইবা পোংপু মতীক চাবা অন্তকরণ শেংলবা মীনা খঙই, অদুগুম্বা জ্ঞান অদুবু সত্বগুণদগী ওইবা জ্ঞানি হায়বদি আত্মজ্ঞানি হায়না খঙউ ॥২ ॥

অথুপ্পা ব

ঐখোয়না ঙমখৈ লৈতবা অমনা অমদগী খেন্নবা উরিবা অকোং কোংদ অমসু অচং চত্ত তাইবঙ পুম্নকসি ঈশ্বরগী মায়া শক্তি ওইবী প্রকৃতিনা মখল মখা অযাম্বা মও, ওন্থোক্নবা লৈবা ঙাক্কনি অদুগা পুম্নমকসিগী চঙজফম ( অধিষ্টান ) ওইনা মতম পুম্নমক্কো লেঙবা লৈতনা লৈবা অমসু অমীগুবা লৈতবা আত্মাগী মশক ওইবা ব্রহ্মদা মঙদা উবা পোং মযামগী মতৌগুম্বা উবা ঙাক্কনি। মঙ মঙবা মতমদা পুম্নমক্কী ( মঙদা উব পোংশি গী ) চঙজফম ওইবা অমসু অমত্তদা ওইবা মও উরিবা আত্মা নত্তবা অশেংবা পোং অমত্ত লৈতে অমসুং মতম অদুদা মযাম ওইনা উরিনা খবায় শাবনা জীবাত্মাশিংসু লৈতে। অদুবু তুম্নগী মশক ওইবা মায়ানা মরম ওইদনা জীবাত্মা মযাম অমসুং অতোপ অতোপ্পা পোং মযাম উই অদুগা মীংকপ খোক্নবা ( চৌগক্কনবা ) অশেংবা জ্ঞান লৈবা, মতমদদি মঙগী জীবাত্মাশি অমসুং পোংশিংসু মাঙখিদুনা সুপ্না মঙদা উবা খ্বায় পুম্নমক্কী চঙজফম ওইনা লৈরম্বা অ.ত্মা অদুমক্ক লৈরৌই। মতৌ অসুম্বা লেঙলি পাম্লিবা তাইবঙ অসিবুসু অমত্ত ওইবা অমসু মঙোন্দগী অতোপ্পা পোং অমত্ত লৈতবা ব্রহ্মগী মশক ওইবা আত্মাদা মঙগী মতৌগুম্বা উবনি হায়বা খঙগদবনি। মতৌ অসুম্বা আত্মা নত্তনা তাইবঙ লৈতে খঙলিবা জ্ঞানসিবু মফমসিদা শ্রীভগবান্না সাত্বক জ্ঞাননি হায়না তাক্লি। অসিগুম্বা জ্ঞানসি ক লবতদা মীওইবনা পোকপগী মহৈ য়াবগদবনি মরম অসিনা জ্ঞানসিবু কংনবা য়ীম্না থাজবগা লোয়মনা হোংবগদবনি ।২০।

হৌজিক রজোগুণদগী ওইবা জ্ঞানগী মওঙবু অস্সুম্না হায়রি—

পৃথক্ত্বেন তু যজ্জ্ঞানং নানাভাবান্ পৃথগ্বিধান্।
বেত্তি সর্ব্বেষু ভূতেষু তজ্জ্ঞানং বিদ্ধিরাজসম্॥ ২১॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—** যৎতু জ্ঞান =জ্ঞান অদুনদি সর্ব্বেষু ভুতেষু=অচৎ-চত্ত অমসু, অফো, ফো,দ তাইবঙ পৃথসিদা পৃথগ্বিধান =তোঙান-তোঙানবা নানাভাবান = মখল মখা অয়াম্বা পোৎশিংবু পৃথকত্বেন বেত্তি=অমদগী অতোপ্পা অমনি হায়না খঙই (অন্তঃকরণ উপাধিনা মরম ওইদুনা খেন্নবগুম তৌদুনা লৈবা অমত্ত ওইবা আত্মাবু অমনা অমদগী খেন্নবা খঙই), তৎ=অদু গুম্বা জ্ঞান অদুবু রাজস, জ্ঞান, বিদ্ধি=রজোগুণদগী ওইবা জ্ঞাননি খঙউ॥ ২১॥

**অপুনবা অর্থ ঃ—** জ্ঞান অদুনা অচৎ চত্ত অমসু, অফো, ফো,দ তাইবঙ পৃথসিদা তোঙান তোঙানবা মখল মখা অয়াম্বা আত্মামচি বা পোৎশিংবু অমদগী অতোপ্পা অমনি হায়না খঙই, অদুগুম্বা জ্ঞানদুবু রজোগুণদগী ওইবা জ্ঞাননি হায়না খঙউ॥ ২১॥

অথুপ্পা বা

পরমাত্মাগী শক্তি ওইবী মায়ানা মরম ওইদুনা তাইবঙসি ময়াম ওইনা উবদনি, অশেংব-মক্তি মায়া শক্তিগী আশ্রয় (চঙফম) ওইবা অমীগুবা লৈতবা ব্রহ্মমক্তনি হায়বসিবু খঙদনা ময়াম উবিবসিবু অশেংবমক্তি খঙইবা জ্ঞান অসি রজোগুণদগী ওইবনি। মসি ব্যবহারদা মী পুম্নমক্কী ওইবা লৈ। মরম অসিনা বাবহারগী মতমদা মঙগী মতৌগুম্না ময়াম উবরবসু অশেংব মক্তি পরমাত্মামক্তনি মঙোন্দগী অতোপ্পা পোৎ অমত্ত লৈতে হায়বসিবু থাজবগা লোয়নবা পুক্নী,দা লেপ্নবা হোৎনগদবনি॥ ২১॥

হৌজিক তমোগুণদগী ওইবা জ্ঞানগী মওং বু অস্সুম্না তাক্লি—

* যৎ তু কৃৎস্নবদেকস্মিন্ কার্য্যে সক্তমহৈতুকম্।
অতত্ত্বার্থবদল্পংচ তত্তামসমুদাহৃতম্॥ ২২॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—** যৎ তু=জ্ঞান অদু একস্মিন কার্যে=পৃথিবীমচি,বা ভূত মঙাগী করিগুম্বা থবক অমদা হায়বদি হকচা, নক্রগা উ নু,বা শাবা প্রতিমা (মূর্ত্তি) অসিমচি,বা করিগুম্বা পোৎ অমদা, কৃৎস্নবৎ=মসিমক (হকচাংমক) আত্মানি মসিদগী অতোপ্পা আত্মা লৈতে, নক্রগা প্রতিমা সিমক ঈশ্বরনি, মসিদগী অতোপ্পা ঈশ্বর লৈতে, হায়না থুমবা, সক্তম=মহুদা মাম্না থাজনা পুক্নী, চঙনা লৈবা, অহৈতুকম্=যুক্তি প্রমাণমচি,বদি করিমত্ত য়াওদবা অতত্ত্বার্থবৎ=তত্ত্ব ওইবা (অথুপ্পা অশেংবা) অর্থ লৈতবা, অল্প, চ = অমসু, করিসু লৈতবা (তুচ্ছ ওইবা) ওই=অদুগুম্বা জ্ঞানদু, তামসং উদাহৃতম =তমোগুণদগী ওইবা জ্ঞাননি হায়না শাস্ত্রনা তাকই॥ ২২॥

অপুনবা অর্থ ঃ— জ্ঞান অসু পৃথিবীনচিংবা ভূত মচাগী থবক হকচাংনচিংবা করিগুম্বা পোং অমদা মসিমক (হকচাংমক) মপুং ফানা আত্মানি মসিদগী অতোপ্পা আত্মা লৈতে অসিনচিংবা থমবা মতুদা য়াম্না থাজনা পুক্নীং চঙবা লৈবা, যুক্তি প্রমাণনচিংবদি করিমত্ত য়াওদবা অথুপ্পা অশেংবা অর্থ লৈতবা (তুচ্ছ করিসু লৈতবা) ওই। অসুগুম্বা জ্ঞানসু তমোগুণদগী ওইবা জ্ঞাননি হায়না শাস্ত্রনচিংবনা তাকই ॥২২॥

অথুপ্পা বা

চার্বাক মচি বা মী কাংবু অমনা হকচাংনচিংবা অসিদসু আত্মানি মসিদগী অতোপ্পা আত্মা অমা লৈতে, মরম অসিনা শিরগা ফংগদবা নরক স্বর্গনচিংবা পরলোকসু লৈতে হায়বা অরেপ্পা জ্ঞান থমই। অসিগুম্বা জ্ঞানসিবু মফমসিদা শ্রীভগবান্না তামস (তমোগুণদগী ওইবা) জ্ঞাননি তাকপনি। মতৌ অসুম্না এখোয়না লাইশঙদা উ নুংনচিংবনা শাবা শ্রীকৃষ্ণগী মূর্তিনচিংবা লাতনবা সেবা অমসুং পুজানচিংবা তৌরিবসি অশেংবা সাক্ষাৎ পরমেশ্বর শ্রীকৃষ্ণবু ফংনবা অমসুং মানা পেন্নবা তৌবনি। মরম অসিনা মূর্তি পুজানচিংবা তৌবসু অশেংবা পরমেশ্বর শ্রীকৃষ্ণবু ফংনবা অথোইবা উপায়নি। অসুম্না মূর্তিবু ঈশ্বরনা খঙনা পুজা চিংবা তৌরিবসু সাত্ত্বিক (সত্ত্ব গুণদগী ওইবা) জ্ঞাননি। মতুদি মীপুম খুদিমক্না শোয়দনা তৌগদবনি। অসুবু উ নুংনচিংবা শাবা মূর্তি অসুদবু অশেংবা ঈশ্বরনি মঙোন্দগী অতোপ্পা ঈশ্বর কৌবা লাই অমত্ত লৈতে হায়বা অরেপ্পা জ্ঞান লৈবদি অসুগুম্বা জ্ঞানসু তামসনি (তমোগুণদগী ওইবা জ্ঞাননি) মতুদি য়াম্না পঙথবা মীশিংনা তৌগদবা জ্ঞাননি। অসিগুম্বা জ্ঞান অসিবুসু মফমসিদা শ্রীভগবান্না তামস জ্ঞাননি তাকপনি। মরম অসিনা মূর্তিনচিংবগী পুজা অশেংবা পরমেশ্বর ফংনবা অথোইবা উপায়নি লেপ্তনা শোয়দনা ভক্তনা মখে পুজা সেবানচিংবা তৌতুনা লৈগদবনি। মতুদগী পুক্নীং শেংদোক খিতুনা উপাসক অহনা অশেংবা অমসুং য়াম্না থুপ্পা লৈবা পরমাত্মাবু ফংবা ঙমগদবনি ॥২২॥

হৌজিক কর্ম্মগী সত্ত্বগুণনচিংবদগী ওইবা মখল অহুমগী মওঙবু অসুম্না তাকপা হৌই—

নিয়তং সঙ্গরহিতমরাগদ্বেষতঃ কৃতম্।
অফলপ্রেপ্সুনা কর্ম্ম যত্তৎ সাত্ত্বিকমুচ্যতে ॥২৩॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — অফলপ্রেপ্সুনা=মহৈ পামদনা কর্ম্ম (থবক) তৌরিবা মীহুনা অরাগদ্বেষত = অপাম য়েংথি লৈতনা (কর্ম্মসি তৌরগা অচৌবা মী অমবু পেনহন্দুনা এগী থবক পাঙথোক্কে, মরূগা কর্ম্মসি তৌরগা য়েকুবা মীহুগী মাঙনবা তৌগে অসিনচিংবা অপাম য়েংথি লৈতনা) সঙ্গরহিতং চ = অমসুং ঐ অতৌবা মীনি (কর্তানি) হায়বা মাপল লৈতনা, নিয়তং যৎ কর্ম্ম কৃতম্ = শোয়দনা তৌকম থোকপা মথৌবু (নিত্য কর্ম্ম অসুবু) তৌই, তৎ সাত্ত্বিকং উচ্যতে— অসুগুম্বা কর্ম্ম অসুবু সত্ত্বগুণদগী ওইবা কৌই ॥২৩॥

**অপুনবা অর্থ** ঃ— মহৈ পামদনা কর্ম্ম তৌরিবা মীহুনা অপাম য়েংথি লৈতনা অমসুং ঐ অতৌবা মীনি (কর্ত্তানি) চায়বা নাপল লৈতনা শোয়দনা তৌকম থোকপা মথৌ অহুবু তৌই অহংগুম্বা কর্ম্মহুবু সত্ত্বগুণদগী ওইবা কৌই ॥ ২৩ ॥

মতৌ রজোগুণদগী ওইবা কর্ম্মগী মওঙবু অসুম্না হায়রি—

যৎ তু কামেপ্সুনা কর্ম্ম সাহঙ্কারেণ বা পুনঃ।
ক্রিয়তে বহুলায়াসং তদ্রাজসমুদাহৃতম্ ॥ ২৪ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** —পুন তু=অদুগা কামেপ্সুনা = মহৈ পামদুনা কর্ম্ম তৌরিবা মীহুনা সাহংকারেণ বা—নৈ মগুাইরে চায়বা য়াম্না নাপল তৌবগা লোয়ননা বহুলায়াসং=য়াম্না কন্না নোম্নগা (হোৎনরগা) পাঙথোকপা য়াবা যৎ কর্ম্ম ক্রিয়তে—কর্ম্মহু তৌই তৎ=অহুগুম্বা কর্ম্মহুবু রাজসম উদাহৃতম= রজোগুণদগী ওইবনি হায ॥ ২৪ ॥

**অপুনবা অর্থ** —অদুগ মহৈ পামদুনা কর্ম্ম তৌরিবা মী অদুনা ঐ মগুাইরে চায়না য়াম্না নাপল তৌবগা লোয়ননা কন্না নোম্নগা (হোৎনরগা) পাঙথোকপা যাবা কর্ম্মহু (থবক) তৌই অহুগুম্বা কর্ম্মহুবু রজোগুণগী ওইবনি হায ॥ ২৪ ॥

মতৌ অসুম্না তমোগুণদগী ওইবা কর্ম্মগী মওঙহুবু মথং-মনাও নাইনা অসুম্না হায়রি—

অনুবন্ধং ক্ষয়ং হিংসামনপেক্ষ্য চ পৌরুষম্।
মোহাদারভ্যতে কর্ম্ম যৎতৎ তামসমুচ্যতে ॥ ২৫ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** —অনুবন্ধ—মতুংদা কর্ম্মগী মহৈ ওইনা ফংগদবা অফ ফত্তে ক্ষয় =শেল থুমগী মাঙগদবা হিংসা =অতোপ্পা জীবগী অরা অনা ফংগদবা পৌরুষ চ—অমসুং মশাগী মতীক চাবা মতু ইন্না তৌবা ঙমগদবা অনপেক্ষ্য = মসি পুম্নমকসিবু করিমত্তা যেংদ থন্দনা মোহাৎ—বিচার লৈতবদগী যৎকর্ম্ম আরভ্যতে=কর্ম্ম তৌথংপা (হৌগংপা) ওই তৎ—অহুগুম্বা কর্ম্মহুবু তামসং উচ্যতে=তমোগুণদগী ওইবা কৌই ॥ ২৫ ॥

**অপুনবা অর্থ** — তুংদা কর্ম্মগী মহৈ ওইনা ওইগদবা অফ ফত্তে শেল থুমগী মাঙগদবা অতোপ্পা জীবশিংগী অরা অনা ফংগদবা অমসুং মশাগী মতীক চাবা মতুং ইন্না তৌবা ঙমগদবা মসি পুম্নমকসিবু খুকয়েং য়েংদ থন্দনা বাখল লৈতবদগী কর্ম্মহু তৌবা হৌগংপা ওই অহুগুম্বা কর্ম্মহুবু তমোগুণদগী ওইবা কৌই ॥ ২৫ ॥

অথুম্না বা

কুমগুবা শ্লোকৃতগী হৌদ্রনা সত্ত্ব রজ অমসু তমোগুণদগী ওইবা মথল অহুম অহুমগী জ্ঞান নচিংববু শ্রীভগবান্না তাক্লক্লিবা অসি সুপ্না সত্ত্বগুণদগী ওইবা জ্ঞান নচিংবদবু লৌননবা হোৎনগদবনি অদুগা রজ অমসু, তমোগুণদগী ওইবা জ্ঞান নচিংববু থাদোক্নবা হোৎনগদবনি হায়বসি খংহল্লি। মরুম অসিনা সাধক ওইবা মীশিংনা সত্ত্বগুণদগী ওইবা জ্ঞান নচিংবা চাক্তবু লৌননবা অমসু, ফংননবা হোৎনগদবনি। মতুংদা কর্ত্তা-নচিংবগী খেন্নবা হায়রিবসিদসু সত্ত্বগুণদগী ওইবা কর্ত্তা নচিংবা ওইনবা অমসু, লৌনবা হোৎনগদবনি, রজ অমসু, তমোগুণদগী ওইবা থাদোক্নদবনি ‖ ২৫ ‖

হৌজিক সত্ত্বগুণনচিংবদগী ওইবা মথল অহুমগী কর্ত্তাবু (অতৌববু) অসুম্না তাকপা হৌই—

মুক্তসঙ্গোঽনহংবাদী ধৃত্যুৎসাহসমন্বিতঃ।
সিদ্ধ্যসিদ্ধ্যোর্নির্বিকারঃ কর্ত্তা সাত্ত্বিক উচ্যতে ‖ ২৬ ‖

অন্বয় ব্যাখ্যা —মুক্ত সঙ্গ=মহৈগী মরমদা অপাম মিহৌ লৈত্রবা অনহংবাদী=ঐ অতৌবা মীনি (কর্ত্তানি) হায়বা নাপল লৈত্রবা (নত্রগা মশাগী গুণদা ঐ মগাইরে হায়না চাউথোকপা লৈত্রবা) ধৃতি উৎসাহ সমন্বিত =য়াম্না অখাঙ কনবা অমসু, মোম্না কনবগা লোয়ননবা লৈবা, সিদ্ধ্যসিদ্ধ্যোঃ নির্বিকার -হৌগ লিবা কর্ম্ম (থবক) অদুগী মহৈ য়ানবদা হরাওবা লৈতব অমসু, মহৈ য়াদ্দবদা সুংগাইতবা লৈতবা (পুক্নীংবু মহৈ য়ানবা য়াদ্দবা চপ মান্নবা থম্বা) কর্ত্তা—অদুগুম্বা অতৌবা মী, সাত্ত্বিক উচ্যতে=সাত্ত্বিকনি (সত্ত্বগুণদগী ওইবনি) হায়রে ‖ ২৬ ‖

অপুনবা অর্থ — মহৈগী মরমদা অপাম মিহৌ লৈত্রবা ঐ অতৌবা মীনি হায়বগী নাপল লৈত্রবা য়াম্না অখঙ কনবা অমসু অনোম্ কনবগা লোয়ননবা লৈবা হৌগংলিবা থবক অদুগী মহৈ য়ানবদা হরাওবা লৈতবা অমসু, মহৈ য়াদ্দবদা সুংগাইতবা লৈতবা অদুগুম্না অতৌবা মী (কর্ত্তা) সত্ত্বগুণদগী ওইবনি হায়রে ‖ ২৬ ‖

হৌজিক রজোগুণদগী ওইবা কর্ত্তাগী মওংবু অসুম্না তাক্লি—

রাগী কর্ম্মফলপ্রেপ্সুর্লুব্ধো হিংসাত্মকোঽশুচিঃ।
হর্ষশোকান্বিতঃ কর্ত্তা রাজসঃ পরিকীর্ত্তিতঃ ‖ ২৭ ‖

অন্বয় ব্যাখ্যা — রাগী—মুপী নহা তিন্নবদা পুক্নীং থিংজিনবা, কর্ম্মফল প্রেপ্সু—কর্ম্মগী মহৈ ফংবা পাম্বা লুব্ধ = অতোপ্পগী মরল মথুমবু য়াম্না লৌনীংশেনবা, হিংসাত্মক = অতোপ্পবু

অরা অন। য়াম্না পীৰেবা অশুচি = হকচাং অমসুং পুক্নী শেংদবা হর্ষশোকান্বিত = অপাম্বা পোৎ ফংলগা হরাওবা অমসুং পামদবা পোৎ ফংলগা নত্রগা। অপাম্বা পোৎ চংগ্রগা নুংঙাইতবগা লোয়নবা লৈবা, কর্ত্তা - অসিগুম্বা কর্ত্তা (থবক অতৌবা মী) রাজস = রজোগুণদগী ওইবনি অস্মুম্না হায়রৈ ॥২৭॥

অপুনবা অর্থ — সুপী নহা তিন্নবদা পুক্নী থি জিনবা কর্ম্মগী মহৈ ফংবা পাম্বা অতোপ্পগী মরল মথুমক লৌনীংঙ্গা য়াম্না মিহৌবা অতোপ্পবু অরা অন। য়াম্না পীৰেবা হকচাং অমসুং পুক্নী শেংদবা অপাম্বা পোৎ ফংলগা হরাওবা লৈবা অমসুং পামদবা পোৎ ফংলগা নত্রগা অপাম্বা পোৎ চংগ্রগা নুংঙাইতবগা লোয়নবা লৈবা অসিগুম্বা কর্ত্তা ( অতৌবা মী ) রজোগুণদগী ওইবনি অস্মুম্না হায়রৈ ॥ ২৭ ।

তমোগুণদগী ওইবা কর্ত্তাগী মওঙ্গসু অস্মুম্না তাক্লি—

অযুক্ত প্রাকৃত স্তব্ধঃ শঠো নৈষ্কৃতিকোঽলসঃ।
বিষাদী দীর্ঘসূত্রী চ কর্ত্তা তামস উচ্যতে ॥ ২৮ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — অযুক্ত = মথৌ তৌবদা চোকশিন্দবা ( থৌওইদবা ) প্রাকৃত = শাস্ত্রনা তাকপা অচার-বিচার ( লমচৎ রাখল ) লৈতবা স্তব্ধ = নোল্লুকপা লৈতবা মরাই হাইগঙ্গুনা লৈবা শঠ = লৌনম চাউবা নৈষ্কৃতিক = মশাগী ওইজবা য়েংঙ্গা অতোপ্পগী হিংনবা পাইশ্নবু মাঙহনবা অলস = লোয়দনা তৌফম থোকপা থবকপুস্তু তৌদনা তন্দুনা লৈবা, বিষাদী = মতম পুম্নমক্ক রাগন্দুনা লৈবা দীর্ঘসূত্রী চ = অমসু মতম থক্তিক্ক দা লোইবা য়াবা থবকপু মতম য়াম্না চঙহন্না তৌবা কর্ত্তা = অসিগুম্বা অতৌবা মী তামস উচ্যতে = তমোগুণদগী ওইবনি হায় ॥ ২৮ ॥

অপুনবা অর্থ — মথৌ তৌবদা চোকশিন্দবা শাস্ত্রনা তাকপদা লমচৎ লৈতবা, মরাই য়াম্না হাইগঙ্গুনা লৈবা, লৌনম চাউবা মশাগী ওইজবা য়েংঙ্গা অতোপ্পগী হিংনবা পাইশ্নবু মাঙহনবা, তৌগদবা থবক তৌদনা তন্দুনা লৈবা, মতম পুম্নমক্তা রাগন্দুনতা লৈবা অমসুং মতম থক্তিক্কদা লোইবা য়াবা থবকপু মতম য়াম্না চঙহন্না তৌবা মসিগুম্বা অতৌবা মী তমোগুণদগী ওইবনি হায় । ২৮ ।

মতৌ অস্মুম্না জ্ঞান, কর্ম্ম অমসুং কর্ত্তাগী সত্ত্বনচিংবা গুণ থেন্নবদগী মখল অহুম অহুম হায়রগা হৌজিক বুদ্ধি অমসুং ধৃতিগী ( পুক্নী লৈতনা থম্বগী ) মখলশিংবুসু তাকে হায়রগীদমক শ্রীভগবান্না অস্মুম্না হায়বা হৌই—

বুদ্ধের্ভেদং ধৃতেশ্চৈব গুণতস্ত্রিবিধং শৃণু।
প্রোচ্যমানমশেষেণ পৃথক্ত্বেন ধনঞ্জয় ॥ ২৯ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা:— ধনঞ্জয় = থিংখৌশিংবু লান্দা ঙমহনবা লম থুম খোমজিনবা হে অর্জ্জুন। হন্দং=অয়েপ্পা খনবগী মশক ওইবা বুদ্ধিগী ধৃতে চ — অমসুং পুক্নীং লৈত্তানা থম্বগী মশক ওইবা ধৃতিগী, ত্রিবিধং—মথল অহুমগী, পৃথকত্বেন=তোঙান তোঙান্না অশেষেণ—লেমহৌবা লৈত্তনা প্রোচ্যমানম্—হায়গদৌরিবা, ভেদং=খেন্নবসিবু শৃণু=নংনা তাও ॥ ২৯ ॥

অপুনবা অর্থ:— হে অর্জ্জুন। অয়েপ্পা য়াথল খনবগী মশক ওইবা বুদ্ধিগী অমসুং পুক্নীং লৈত্তানা থম্বগী মশক ওইবা ধৃতিগী সত্ত্বনচিংবা গুণ অহুম্মক অসিদগী মথল অহুমগী তোঙান তোঙান্না অমসুং লেমহৌবা লৈত্তনা হায়গদৌরিবা খেন্নবসিবু নংনা তাও ॥ ২৯ ॥

হৌজিক সত্ত্বগুণদগী ওইবা বুদ্ধিগী (অয়েপ্পা খনবগী মশক ওইব) য়াথলগী মওংবু অসুম্না হায়রি—

প্রবৃত্তিঞ্চ নিবৃত্তিঞ্চ কার্য্যাহকার্য্যে ভয়াহভয়ে।
বন্ধং মোক্ষঞ্চ যা বেত্তি বুদ্ধিঃ সা পার্থ সাত্ত্বিকী ॥ ৩০ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা:— পার্থ=পৃথাগী (কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন। যা বুদ্ধি বুদ্ধিহুনা (অয়েপ্পা খনবগী মশক ওইবা য়াথল অহুনা), প্রবৃত্তিং চ=সংসারদা পুনবগী মরম ওইবা কর্ম্মগী লম্বীবু নিবৃত্তিং চ=অমসুং সংসারদগী নাস্থোক্লবগী মরম ওইবা সন্ন্যাসগী (কর্ম্ম থাদোকপগী) লম্বীবু কার্য্যাকর্য্যে=করি তৌবা হৌরৈ অমসুং করি তৌবা হৌরদে হায়বসিবু ভয়াভয়ে—করিদগী অকিবা ওইগনি অমসুং করিদগী অকিবা ওইরোই হায়বসিবু (পূম্নমক্কী আত্মাগী মশক ওইবা ব্রহ্মদগী তোপ্পা অমাগুবা পোং অমা লৈ হায়না খল্লবদি অকিবা পোকই দ্বিতীয়াদ্বৈ ভয়ং ভবতি" (বৃ উ ১।৪।২) "তোপ্পা অমাগুবা অমা লৈরবদি মহাক্কী শোয়দনা অকিবা ওই অহুগা আত্মাগী মশক ওইবা ব্রহ্ম মখুবা পোং অমত্তা লৈতে খল্লবদি অকিবা পোক্তে মরমদি এনোন্দগী অতোপ্পা অমা লৈবদগী মহুদগী অকিবা পোকই অহুগা অতোপ্পা অমা লৈতে খল্লবদি অকিবা পোক্তে, অভয়ংবৈ জনক প্রাপ্তোসি (বৃ উ ৪।২।৪) হে জনক। নহাক অকিবা লৈত্রবা ব্রহ্মবু ফংলবাম্নি।" মরম অসিনা এ ব্রহ্মগী মশক্কী হায়বসি— বন্ধং মোক্ষং চ বেত্তি = বন্ধ করিনো (সংসারদা পুন্দুনা লৈবা করিনো? মোক্ষ করিনো? সংসারদগী নাস্থোকপা করিনো)? হায়বসিবু মখোয়গী মরমগা লোয়ননা (অজ্ঞানদগী পোক্লিবা তৌহনা লৈবসি সংসারদা পুনবগী মরম্নি অমসু জ্ঞানদগী পোকপা শিবা লৈত্তনা ব্রহ্ম ওইনা লৈবসি সংসারদগী নাস্থোক্লবগী মরম্নি) খঙই, সা—অহুগুম্বা বুদ্ধিহু, সাত্ত্বিকী = সত্ত্বগুণদগী ওইবনি ॥ ৩০ ॥

অপুনবা অর্থ:— বুদ্ধিগুনা সংসারদা পুন্নবগী মরম ওইবা কর্ম্মগী লম্বীবু অমসুং সংসারদগী নাস্থোক্লবগী মরম ওইবা সন্ন্যাসগী (কর্ম্ম থাদোকপগী) লম্বীবু, করি তৌবা হৌরৈ অমসুং

হৌরদে হায়বসিবু করম্না অকিবা ওইগনি অমসুং করম্না অকিবা ওইরোই হায়বসিবু, সংসারদা পুন্সুনা লৈবা ( বন্ধ ) করিবো অমসুং সংসারদগী থাস্থোকপা ( মোক্ষ ) করিবো হাযবসিবু মখোয়গী মরমশিংগা লোয়ননা খঙই অদুগুম্না বুদ্ধিবু সত্বগুণদগী ওইবনি ॥ ৩ ॥

হৌজিক রজোগুণদগী ওইবা বুদ্ধিগী মওঙহু তাক্লি—

যয়া ধর্ম্ম মধর্ম্মঞ্চ কার্য্যঞ্চাহকার্য্যমেব চ।
অযথাব প্রজানাতি বুদ্ধিঃ সা পার্থ রাজসী ॥ ৩১ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — পার্থ পৃথাগী ( কুন্তীগী ) মচা হে অর্জুন! যয়া=বুদ্ধিহনা মরম ওইদুনা কনাগুম্বা মী অমনা ধর্ম্মং = শাস্ত্রনা তৌ তাকপা কম্মগী মশক ওইবা ধম্মবু অধর্ম্মং চ =অমসুং শাস্ত্রনা তৌগনু তাকপা পাপকী মশক ওইবা কর্ম্মবু কার্য্য চ=অদুগা করি তৌবা হোঁনৈ, অকার্য্যং এব চ=অমসুং করিবা তৌবা হৌনদে হায়বসিবু অযথাব প্রজানাতি=চিংনবগা লোয়ননা খঙই হায়বদি হংশেংতশেংনা নীংথিনা খঙদে সা বুদ্ধি = অদুগুম্না বুদ্ধিহ রাজসী = রজোগুণদগী ওইবনি ।৩ ॥

**তাৎপর্য্য অর্থ** — হে অর্জুন! বুদ্ধিহনা মরম ওইদুনা কনাগুম্বা মী অমনা পুণ্য কর্ম্ম অমসুং পাপ কর্ম্ম, অদুগা কার তৌবা হৌনৈ অমসুং করি তৌবা হৌনদে হায়বসিবু চিংনবগা লোয়ননা খঙই অদুগুম্না বুদ্ধিহ রজোগুণদগী ওইবনি ॥ ৩১ ॥

হৌজিক তমোগুণদগী ওইবা বুদ্ধিগী মওঙবু হায়রি—

অধর্ম্মং ধর্ম্মমিতি যা মন্যতে তমসাবৃতা।
সর্ব্বার্থান্ বিপরীতাংশ্চ বুদ্ধিঃ সা পার্থ তামসী ॥ ৩২ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — পার্থ—পৃথাগী মচা হে অর্জুন! তমসাবৃতা যা বুদ্ধি=তমোগুণগী মশক ওইবা অজ্ঞান্না কুপ্পনা লৈরবা বুদ্ধিহনা অধর্ম্মং — ধর্ম্ম নত্তববু, ধর্ম্ম ইতি=ধর্ম্মনি হায়না চ—অমসুং সর্ব্বার্থান—খঙগদবা পোৎ পুম্নমকপু বিপরীতান্ মন্যতে=ওন্না তৈননা ( শেম্নান্না ) খঙই, সা—অদুগুম্না বুদ্ধিহ তামসী—তমোগুণদগী ওইবনি ॥ ৩২ ॥

**অপুনবা অর্থ** — পৃথাগী মচা হে অর্জুন! তমোগুণগী মশক ওইবা অজ্ঞান্না কুপ্পনা লৈরবা বুদ্ধিহনা ধর্ম্ম নত্তববু ধর্ম্মনি হায়না অমসুং খঙগদবা পোৎ পুম্নমপু ওন্না তৈননা খঙই, অদুগুম্না বুদ্ধিহ তমোগুণদগী ওইবনি ॥ ৩২ ॥

মতৌ অসুম্না বুদ্ধিগী মখল অহুম হায়রগা হৌজিক ধৃতিগী ( পুক্নীং শৈতাবা থমগী ) মখল অহুমবু অসুম্না তাকপা হৌই—

ধৃত্যা যয়া ধারয়তে মনঃ প্রাণেন্দ্রিয় ক্রিয়াঃ।
যোগেনাঽব্যভিচারিণ্যা ধৃতিঃ সা পার্থ সাত্ত্বিকী ॥ ৩৩ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — পার্থ = পৃথাগী মচা হে ধনঞ্জয়! যোগেন=সমাধিগা লোয়ননা লৈবা ময়মদগী (সমাধি তৌহনা আত্মাগী মশক ওইবা ব্রহ্মদা লুপ্তুনা লৈবা ময়মদগী) অব্যভিচারিণ্যা =কদৌঙৈদসু অতোপ্পা হীরম অমদা চত্তবা যয়াধৃত্যা—ধৃতি অহুনা ময়ম ওইহনা (পুক্নী লৈত্তাবা থম্বা অহুনা ময়ম ওইহনা) মন প্রাণেন্দ্রিয়ক্রিয়া ধারয়তে — মীওনা মন প্রাণ অমসুং ইন্দ্রিয় শিংগী থবক পুম্নমকপু পুহনা অমসু ঙাক্লুনা লৈ (শাম্নবা খিবা পোংশিংদা কদৌঙৈদসু চত্তে) সা ধৃতি = অহুগুম্বা ধৃতিহ (পুক্নী লৈত্তাবা থম্বহ) সাত্ত্বিকী=সত্ত্বগুণদগী ওইবনি ॥ ৩৩ ॥

**অপুনবা অর্থ** — পৃথাগী মচা হে ধনঞ্জয়। সমাধি তৌহনা আত্মাগী মশক ওইবা ব্রহ্মদা লুপ্তুনা লৈবা ময়মদগী কদৌঙৈদসু অতোপ্পা হীরম অমদা চত্তবা ধৃতিহনা (পুক্নী লৈত্তাবা থম্বহনা) ময়ম ওইহনা মীওনা মন (পুক্নী) প্রাণ অমসুং ইন্দ্রিশিংগী থবক পুম্নমকপু পুহনা অমসুং ঙাক্লুনা লৈ অহুগুম্বা ধৃতিহ (পুক্নী লৈত্তাবা থম্বহ) সত্ত্বগুণদগী ওইবনি ॥ ৩৩ ॥

হৌজিক রজোগুণদগী ওইবা ধৃতিগী মওওবু অসুম্না হায়রি —

যয়া তু ধর্ম্মকামার্থান্ ধৃত্যা ধারয়তেঽর্জ্জুন।
প্রসঙ্গেন ফলাকাংক্ষী ধৃতি সা পার্থ রাজসী ॥ ৩৪ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — হে অর্জ্জুন! পার্থ পৃথাগী মচা হে ধনঞ্জয়। প্রসঙ্গেন তু=মশাবু কর্ত্তা নি (অতোবা মীনি) অসিনচিংবা থম্নবা (লেপ্তুনা) পুক্নী খিংজিনবা ময়ম্না, ফলাকাংক্ষী—মহৈ পাম্বা মীওনা যয়া ধৃত্যা=ধৃতি অহুনা (পুক্নী লৈত্তাবা থম্বহনা) ময়ম ওইহনা ধর্ম্মকামার্থান ধারয়তে—ধর্ম্ম বিষয় ভোগ পাম্বা অমসু শেল থুমশিংবু পুক্নীদা ঙাক্লুনা থম্মি সা ধৃতি—অহুগুম্বা ধৃতিহ রাজসী—রজোগুণদগী ওইবনি ॥ ৩৪ ॥

**অপুনবা অর্থ** — পৃথাগী মচা হে অর্জ্জুন। মশাবু কর্ত্তানি (অতোবা মীনি) অসিনচিংবা লেপ্তুনা পুক্নীং খিংজিনবা ময়ম্না মাবা তৌবা কর্ম্মগী মহৈ পাম্বা মীওনা ধৃতি অহুনা (পুক্নীং লৈত্তাবা থম্বহনা) ময়ম ওইহনা বিষয় ভোগ পাম্বা অমসুং শেল থুমশিংবু পুক্নীদা ঙাক্লুনা থমই, অহুগুম্বা ধৃতিহ রজোগুণদগী ওইবনি ॥ ৩৪ ॥

তমোগুণদগী ওইবা ধৃতিগী মওওবু হৌজিক অসুম্না হায়রি —

যয়া স্বপ্নং ভয়ং শোকং বিষাদং মদমেব চ।
ন বিমুঞ্চতি দুর্মেধা ধৃতিঃ সা পার্থ তামসী ॥ ৩৫ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — পার্থ—পৃথাগী (কুন্তীগী) মচা হে অর্জুন। দুর্মেধা=ফত্তবা বুদ্ধি লৈবা (লৌশিং তাদবা) মীওয়া যয়া=ধৃতি অদুবা মরম ওইদুবা স্বপ্নং=তুম্বু, ভয়ং=অকিববু শোক—অপাম্বা পোং থায়নবদগী মুংঙাইতবু বিষাদং=ইন্দ্রিয়শিংবগী চোকথববু মদং এব চ=অমসু পুক্নীংদা মরাই কাববু (চাউথোকপবু) ন বিমুঞ্চতি=থাদোক্তে সা ধৃতি = অদুগুম্বা ধৃতিদু তামসী—তমোগুণদগী ওইবনি ৩৫

**অপুনবা অর্থ**।— পৃথাগী মচা হে অর্জুন। ফত্তবা বুদ্ধি লৈবা মীনা ধৃতিদুবা মরম ওইদুনা তুম্বু, অকিববু অপাম্বা পোং থাইবগী মুংঙাইতবু হকচাং ইন্দ্রিয়শিংবগী চোকথববু অমসু পুক্নীংদা মরাই কাববু থাদোক্তে অদুগুম্বা ধৃতিদু (পুক্নীং লৈতাবা থম্বদু) তমোগুণদগী ওইবনি ॥ ৩৫।

মতৌ অসুম্না মথক্তা জ্ঞান,কর্ম কর্তানশিংবগী সত্ত্বশিংবা গুণ খেন্নবদগী মখল অহুম অহুম তাক্লগা হৌজিক মখোয়গী (জ্ঞানশিংবগী) মহৈ ওইবা মুংঙাইবগী গুণ খেন্নবদগী মখল অহুম অসুম্না হায়বা হৌই—

> সুখং ত্বিদানীং ত্রিবিধং শৃণু মে ভরতর্ষভ।
> অভ্যাসাদ্ রমতে যত্র দুঃখান্তঞ্চ নিগচ্ছতি ॥ ৩৬ ॥
> যৎ তদগ্রে বিষমিব পরিণামেঽমৃতোপমম্।
> তৎ সুখং সাত্ত্বিকং প্রোক্তমাত্মবুদ্ধিপ্রসাদজম্ ॥ ৩৭ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** ।— ভরতর্ষভ=ভরত লিংথোগী শাগৈদা অথোইবা হে অর্জুন! ইদানীং=হৌজিক ত্রিবিধং সুখং তু = কর্মশিংবগী মহৈ ওইবা মখল অহুমগী মুংঙাইববু (মুংঙাইবগী মরমদা) শৃণু—নংনা পুক্নীং চঙবা তাও (করম্বা মুংঙাইববু লোগদবনো অমসুং করম্বা মুংঙাইববু থাদোকদবনো হায়বসি থঙনবগীদমক পুক্নীং চঙবা তাও) যত্র — সমাধি (ধ্যান) তৌবদগী পোকপা মুংঙাইবা অদুদা, অভ্যাসাৎ—হন্না হন্না হোৎনবদগী রমতে = মীনা (সাধকনা) পুক্নীং থিজিন্নী দুঃখান্তং চ নিগচ্ছতি=অমসুং অবাবা পুম্নমক অরোইবা কংই ॥ ৩৬ ॥ (তথা) যৎতৎ =অদুগা অদুগুম্বা মুংঙাইবদু, অগ্রে—অহানবদদি (সমাধিনশিংবগী অভ্যাস তৌরিঙৈগী মতমদদি য়াম্না কন্না জোমদুনা কংগদবা মরম্না), বিষ ইব=হুগী মতৌগুম্না ওই (য়াম্না অবাবগী মশক ওই) পরিণামে—মথৈথদদি (সমাধিগী অভ্যাস মীংথিনা তৌরবা মতুংদদি) অমৃতোপমং=অমৃতগা চপ মান্নই (য়াম্না পেন্নবগী মশক ওই), তৎ আত্মবুদ্ধিপ্রসাদজং সুখং—অদুগুবা মশাগী অশেংবা বুদ্ধিদগী পোকপা মুংঙাইবদু (মতমগা আত্মাবু শংশংনা উবগী মশক ওইবা অশেংবা

বুদ্ধিদগী অানন্দগী পোকপা নুংঙাইবহ) সাত্ত্বিকম প্রোক্তম=সত্ত্বগুণদগী ওইবনি হায়। মসুম অসিনা শ্রীমদ্ভাগবতদা অসুম্না হায়রি—"সাত্ত্বিকং সুখমাত্মোৎথম" (ভাগ ১১।২৫ ২৯)—"আত্মাদগী পোকপা (আত্মাগী সমাধি তৌবদগী পোকপা) নুংঙাইবা সাত্ত্বিকনি। ৩৭॥

অপুনবা অর্থ:— ভরত বিংথৌগী শাগেদা অথোইবা হে অর্জুন! হৌজিক কর্ম্মনচিংবগী মহৈ ওইবা মখল অহুমগী নুংঙাইবগী মরমদা নংনা পুক্নীং চঙবা তাও। সমাধি (ধ্যান) তৌবদগী পোকপা নুংঙাইবা অহৌদা হন্না হন্না হোৎনবদগী সাধক ওইবা মীহুনা পুক্নী থি জিন্না অমসুং অরাবা পুন্নমক্তা অয়োইবনু ফংই, অহুগা অহুগুম্বা নুংঙাইবনু অহানবদদি (অভ্যাস তৌরিঙৈগী মতমদদি য়াম্না কন্না নোমহুনা ফংগদবা মরম্না হুগী মতৌগুম্বা ওই অহুগা মমৈথ দদি (সমাধিগী অভ্যাস মীংথিনা তৌরবা মতুংদদি) অমৃতগা চপ মান্নে অহুগুম্বা মশাগী (আত্মাগী) অশেংবা বুদ্ধিদগী পোকপা নুংঙাইবনু সত্ত্বগুণদগী ওইবনি ॥ ৩৬ ৩৭ ॥

হৌজক রজোগুণদগী ওইবা নুংঙাইবগী মওডনু অসুম্না হায়রি—

বিষয়েন্দ্রিয় সংযোগাদ যৎতদগ্রেঽমৃতোপমম্।
পরিণামে বিষমিব তৎ সুখং রাজসং স্মৃতম্ ॥ ৩৮ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — বিষয়েন্দ্রিয়সংযোগাদ=রূপ রস নচিংবা বিষয়শিংগা লোয়ননা মীং লৈয়ে নচিংবা ইন্দ্রিয়শিংগী মরী লৈনবা (শম্নবা) অহুদগী পোকপা যৎত=নুংঙাইবহু অগ্রে—অহানব দদি (বিষয় ভোগ তৌরিঙৈগী মতম অহুদদি), অমৃতোপমম—অমৃতগা চপ মান্নবা ওই পরিণামে বিষং ইব=অহুগা মমৈথংদদি (মহুগী মহৈ ওইবা তুংদা অরাবা ফংবা মতমদদি) হুগী মতৌগুম ওই, তৎ সুখম—অহুগুম্বা নুংঙাইবহু রাজসং স্মৃতং—রজোগুণদগী ওইবনি খঙৈ ॥ ৩৮ ॥

অপুনবা অর্থ — রূপ রস নচিংবা বিষয়শিংগা লোয়ননা লৈয়েংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংগী শম্নবা অহুদগী পোকপা নুংঙাইবহু অহানবদদি অমৃতগা চপ মান্নবা ওই অহুগা মমৈথংদদি হুগী মতৌগুম ওই, অহুগুম্বা নুংঙাইবহু রজোগুণদগী ওইবনি খঙৈ ॥ ৩৮ ॥

যদগ্রে চানুবন্ধে চ সুখং মোহনমাত্মনঃ।
নিদ্রালস্য প্রমাদোত্থং তত্তামসমুদাহৃতম্ ॥ ৩৯ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা:— নিদ্রালস্য প্রমাদোৎথম্—তুম্বা অত্তনবা অমসুং প্রমাদ (তৌগদবা থবক্তি তৌদনা সুপ্না পুক্নীংতনা থনুবা লৈথোকপা) মথোয়শিংদগী পোক্লকপা, যৎ সুখং—নুংঙাইবহু অগ্রে চ=অহানবদা, অনুবন্ধে চ—অমসুং মমৈথংদা আত্মন মোহনম্=পুক্নীংবু তমহ নবগী মশক ওই, তৎ—অহুগুম্বা নুংঙাইবহু, তামসং উদাহৃতম=তমোগুণদগী ওইবনি হায়রে ॥ ৩৯ ॥

অপুনবা অর্থ:— তুম্বা, অত্তনবা অমসুং তৌগদবা থবক্তি তৌদনা সুপ্না পুক্নীংদা থনুবা লৈথোকপা (প্রমাদ) মথোয়শিংদগী পোক্লকপা নুংঙাইবা অহু অহানবদা (তুম্বনচিংবা তৌরিঙৈগী

মতমদা ) অমসুং মরৈথৎদা ( তুগ্নবচিবা থাদোক্লবা তুংদা ) পুক্নীংবু শুমহৎনবগী মশক ওই, অহুং গুম্না মু ঙাইবহু তমোগুণদগী ওইবনি হায়রৈ ॥ ৩৯ ॥

হৌজিক ক্রিয়া কর্ম্ম কর্ত্তানচিবা পুম্নমকসি সত্ত্বগুণনচিংবদগী ওইবা ঙাক্তনি হায়বসিবু লোইশিন্দুনা সংসারদা সত্ত্বনচিবা গুণশিংদগী ওইদবা পোৎ অমত্ত লৈতে হায়বসি অস্থুম্না তাক্লি—

ন তদস্তি পৃথিব্যাং বা দিবি দেবেষু বা পুন
সত্ত্বং প্রকৃতিজৈর্মুক্তং যদেভিঃ স্যাৎ ত্রিভিগুণৈঃ ॥ ৪ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — পৃথিব্যাম=পৃথিবীসিদা ( মীওইবগী লোকসিদা ), দিবি বা=নত্রগা স্বর্গদা পুন দেবেষু বা=নত্রগা দেবতাশিংগী ( লাইশিংগী ) মনুংদসু তৎ সত্ত্ব ন অস্তি—অহুম্না থরায় পানবা জীব অমত্ত লৈতে, য — মহুদি এভি প্রকৃতিজৈ ত্রিভি গুণৈ—মায়াগী মশক ওইবী প্রকৃতি অসিদগী পোকপা সত্ত্বনচিংবা গুণ অহুমসিনা মুক্ত, স্যাৎ=থাদোকপা ওইবা ( গুণ অহুম লৈতবা পোৎ ওইবা ) ॥ ৪ ॥

অপুনবা অর্থ — পৃথিবীসিদা নত্রগা স্বর্গদা নত্রগা দেবতাশিংগী মনুংদসু মায়াগী মশক ওইবী প্রকৃতিদগী পোকপা সত্ত্বনচিংবা গুণ অহুমসিনা থাদোকপা ওইবা অহুম্না থরায় পানবা জীব অমত্ত লৈতে ॥ ৪ ॥

মতৌ অস্থুম্না সংসার পুম্নমকসি সত্ত্বনচিংবা গুণ অহুম্না তিন্দুনা লৈবা ঙাক্তনি হায়বসি তাক্লগা হৌজিক গুণ অহুমসিবু লান্থেক্তনা মোক্ষ পাম্না ব্রাহ্মণনচিংবা জাতিশিংনা মথোয় মথোয়না মথৌ ওইনা তৌগদবা থবকশিংহু মরৈ পাম্না থাদোক্লগা, তৌহুনা লৈগদবনি হায়বসিবু হৌজিক শ্রীভগবান্না অস্থুমা তাকপা হৌই—

ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয়বিশাং শূদ্রাণাঞ্চ পরন্তপ।
কর্ম্মাণি প্রবিভক্তানি স্বভাব প্রভবৈর্গুণৈঃ ॥ ৪১ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — পরন্তপ—য়েক্লবশিংবু অরাবা পীবা হে অর্জ্জুন! ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রিয়বিশাং শূদ্রাণাং চ = ব্রাহ্মণ ক্ষেত্রী বৈশ্য অমসুং শূদ্র জাতি (বর্ণ) মরিসিদা পোকপা মীওইবশিংগী কর্ম্মাণি=মথৌ ওইনা তৌগদবা থবকশিংহু, স্বভাব প্রভবৈ গুণৈ =ঈশ্বরগী মায়া শক্তিগী মশক ওইবী প্রকৃতিদগী পোকপা সত্ত্ব রজ অমসুং তম গুণ অহুমসিনা মরম ওইহনা প্রবিভক্তানি =তোঙান তোঙান্না থায়দোক্লিবনি ॥ ৪১ ॥

অপুনবা অর্থ :— য়েক্লবশিংবু অরাবা পীবা হে অর্জ্জুন। ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রিয়, বৈশ্য অমসুং শূদ্র জাতি মরিসিগী মথৌ ওইনা তৌগদবা থবকশিংবু ঈশ্বরগী মায়া শক্তিগী মশক ওইবী

প্রকৃতিদগী পোকপা সত্ব, রজ অমসুং তম গুণ অহুমসিনা মরম ওইদুনা তোঙান তোঙানা থায়দোক্লিবনি ॥ ৪১ ॥

অথৗপা বা

ব্রাহ্মণ জাতিগী মীশিং সত্বগুণনা মকোক ওইবা ক্ষেত্রিয় জাতিগী মীশিং রজোগুণনা মকোক ওইবা বৈশ্য জাতিগী মীশিং তমোগুণ য়াম্না য়াবশিনবা রজোগুণনা মকোক ওইবা অমসুং শূদ্র জাতিগী মীশিংনা তমোগুণনা মকোক ওইবা পোকপনি। মরম অসিনা মখোয়দা সত্বনচি বা গুণ খেন্নবদগী গুণ অদুগী মতুং ইন্না মখোয়না তৌবা থবকশিংদুসু অদুগা খেন্নে, গুণশি দুনা ঈনশিন্দুনা মখোয়না থবকশিংদুবু তৌদুনা লৈ। মদুদা মখোয়গী থবকশিংদু মরু ওইবা কয়া কয়াবো হায়বসিবু স্মৃতিকার (স্মৃতি লাইরিক লেংবা) ঋষিশিংনা মখোয়না লেংবা লাইরিকশিংদা ইরি। বসিষ্ঠ স্মৃতিদদি মসিগী মরমদা অস্থুম্না ইরি—

"ষট কর্ম্মাণি ব্রাহ্মণস্য অধ্যয়নধ্যাপনং যজনং
যাজনং দানং প্রতিগ্রহশ্চেতি।
ত্রিণি রাজণ্যস্যাঽধ্যয়নং যজনং দানং শস্ত্রেণ চ
প্রজাপালনং স্বধর্ম্ম।
এতান্যেব ত্রীণি বৈশ্যস্য কৃষি বাণিজ্যং পশুপালনং
কুসিদানি চ।
এতেষাং পরিচর্য্যা শূদ্রস্য॥ (ব স্মৃ ২)

ব্রাহ্মণ জাতিগী থবক তরুক্লি— বেদনচি বা লাইরিকশিং তম্বা অমসু তম্বীবা যজ্ঞনচিংবা কর্ম্ম তৌবা অমসুং তৌহনবা দান তৌবা অমসু লৌবা। ক্ষেত্রিয়শিংগী মকোক ওইবা অহুম লৈ— দেবনচিংবা লাইরিক তম্বা যজ্ঞনচিংবা কর্ম্ম তৌবা অমসুং দান তৌবা মসিদ মতুনা খুংলাই পায়দুনা প্রজাশিংবু চংকপা। বৈশ্যশিংগীসু মথক্তা হায়রিবা থবক অহুম অসিনি হায়বদি বেদনচিংবা লাইরিক তম্বা যজ্ঞনচি বা কর্ম্ম তৌবা অমসুং দান তৌবা মসিদা মতুনা লৌউবা লম্লোনবা শা য়োকপা অমসুং শেল পুথোক-পুশিন তৌদুনা শেন্দোই লৌবা। শূদ্রশিংগীদি মথক্তা হায়রিবা ব্রাহ্মণনচিংবা জাতি অহুমসিগী সেবা তৌদুনা লৈবনি।" মনু স্মৃতিদসু শ্লোক ১।৮৮-৯১ কাওবগী মনুদা মসি পুন্নমকসিবু মীংথিনা তাক্লি। মরম অসিনা ব্রাহ্মণনচিংবগী থবকশিংগী মতুং ইন্না মখোয়শিংসি বিরাট পুরুষ ভগবান্দগী কররম্না পোকখি হায়বদু বেদনসু অস্থুম্না তাক্লি—

ব্রাহ্মণোঽস্য মুখমাসীদ বাহূ রাজন্যঃ কৃতঃ।
উরূ তদস্য যদ্বৈশ্যঃ পদভ্যাং শূদ্রোঽজায়ত॥
(যজু বেদ— ৩। ১১)

বিরাট পুরুষ ভগবানগী মচীন্দ্ ব্রাহ্মণ ওইখি (বিরাট ভগবানগী মচীন্দগী ব্রাহ্মণ পোকখি) মহাকী (বিরাটকী) পাম্বোম অনীনা ক্ষত্রিয় শাখি (পাম্বোম অনীদগী ক্ষত্রিয় পোকখি) মহাকী (বিরাটকী) কৈবোম অনীদ্ বৈশ্য ওইখি (কৈবোম অনীদগী বৈশ্য পোকখি) অহৃগা মাগী (বিরাটকী) খোঙ অনীদগী শূদ্র পোকখি।" মরম অসিনা মন্ত্রসিগী অর্থ লৌহনা শ্রীভগবানস্ন উদ্ধবকী মকমদা অস্থুম্না ফায়রম্মি—

বিপ্র ক্ষত্রিয়বিট শূদ্রা মুখবাহূরুপাদজাঃ।
বৈরাজাৎ পুরুষাজ্জাতা য আত্মাচার লক্ষণা॥
(ভাগবত ১১।১৭।১৩)

"বিরাট পুরুষ ভগবানগী চীন পাম্বোম কৈবোম অমস্তু খোঙদগী মথৎ মনাও নাইনা ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয় বৈশ্য অমসুং শূদ্র বর্ণ (জাতি) মরিসি পোকখি। বর্ণ মরিসি মখোয় মখোয়না চংপা লমচংকী মতুংইন্না খঙগদবনি॥ ৪১॥

হৌজিক ব্রাহ্মণগী হৌবশা ওইবা গুণশিংদগী ওইবা কর্ম্মশিংবু অস্থুম্না তাক্লি -

শমো দমস্তপ শৌচং ক্ষান্তিরাজর্বমেব চ।
জ্ঞানং বিজ্ঞানমাস্তিক্যং ব্রহ্মকর্ম্ম স্বভাবজম্॥ ৪২॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — শম - মনবু (পুক্নীংবু) লাকশিন্দুনা থম্বা, দম = মীৎ নাকো নচিংবা ইন্দ্রিয়শিংবু মখোয়গী বিষয় রূপ শব্দনচিংবদা চংহন্দনা থম্বা তপ = চন্না হেনবচি বা তৌহনা হকচাংবু লাকশিন্দুনা থম্বা, শৌচ = হকচাংগী মম্নু অমসুং মপানবু শেংনা থম্বা ক্ষান্তি = অতোপ্পনা তৌবা মরাল ঙাকপী হৈবা আর্জবং এব = অহৃগা পুকচেল য়াম্না তিংনা লৈবা জ্ঞানং = বেদনচিংবা শাস্ত্রগী অর্থবু খঙবা বিজ্ঞানং = বেদগী কর্ম্মকাণ্ডদা তাকপা যজ্ঞনচি বা কর্ম্ম শিংবু করম্না তৌবা হৌনবগে অমসুং জ্ঞান কাণ্ডদা তাকপা ব্রহ্ম অমসুং আত্মাগী অমত্তা ওইবা তত্ত্ববু শ শঙনা নীংথিনা খঙবা, আস্তিক্যং চ = অমসুং বেদ নচিংবা ধর্ম্ম শাস্ত্রদা য়াম্না থাজবা মতৌ অস্থুম্না গুণ মাপনসি, স্বভাবজং ব্রহ্ম কর্ম্ম = হৌনশা ওইবা সত্ত্বগুণদগী পোকপা ব্রাহ্মণগী কর্ম্মনি॥ ৪২॥

অপুনবা অর্থ — (১) মনবু লাকশিন্দুনা থম্বা (২) মীৎ নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংবু মখোয়গী বিষয়শিংদা চংহন্দনা থম্বা, (৩) চন্না হেনবনচি বা তপ তৌবা, (৪) হকচাংগী মম্নুং মপান শেংদোক্না থম্বা, (৫) অতোপ্পনা তৌবা মরাল ঙাকপী হৈবা, (৬) পুকচেল

য়াম্না তি়না লৈবা, (৭) বেদরচিংবা শাস্ত্রগী অর্থ খংবা, (৮) বেদগী কর্ম্ম কাণ্ডদা তাকপা কর্ম্মশিংবু কয়াম্না তৌবা হৌবৈ অমসুং জ্ঞান কাণ্ডদা হায়বা ব্রহ্ম অমসুং আত্মাগী অমত্ত ওইবা তত্ত্ববু শংশঙবা নীংথিবা খঙবা (৯) অদুগা বেদ রচিংবা ধর্ম্ম শাস্ত্রশিংদা য়াম্না থাজবা মতৌ অসুম্না মাপনসি হৌনশা ওইবা সত্ত্বগুণদগী পোকপা ব্রাহ্মণগী কর্ম্মনি ॥ ৪২ ॥

ব্রাহ্মণগী গুণ ওইবা হায়রিবা রাসি শ্রীভগবান্না উদ্ধবকী মফমদসু অসুম্না হায়রি—

শমো দমস্তপঃ শৌচং সন্তোষঃ ক্ষান্তিরার্জবম্।
মদ্ভক্তিশ্চ দয়া সত্যং ব্রহ্মপ্রকৃতয়স্তি মা।

(ভাগবত ১১।১৭।১৬)

"মন লাকশিনবা ইন্দ্রিয় ফাজিনবা তপ তৌব শেংবা লৈবা পেন্না লৈবা অৱানবা ভাকপি হৈবা, পুকচেল তিংবা, কৃষ্ণ ঐগী মফমদা ভক্তি লৈবা থৌজাল হৈবা অমসুং অচুম্বা ৱা ঙাংবা মসি পুম্নমকসি ব্রহ্মণগী হৌনশা ওইবা লৈবা গুণশিংনি। অদুগা জাতিদগী ব্রাহ্মণ ওইবা পোকপদা মতুং অতোপ্পা জাতিদা পোক্রবসু কর্ম্মদগী ব্রাহ্মণ ওইবা য়াই হায়না মহাভারতকী মফমদা অসুম্না হায়রি—

সত্যং দানমথাঽদ্রোহ আনৃশংস্যং ত্রপা ঘৃণা।
তপশ্চ দৃশ্যতে যত্র স ব্রাহ্মণ ইতি স্মৃত ॥

(মহাভারত শা ১৮১।৪)

"অচুম্বা ঙাংবা দান পীনবা, কনাগসু য়েংথিনদবা (য়েকুদবা) থম্মোয় থোংপা ঈকাই গনবা থৌজাল হৈবা তপ তৌবা মসি পুম্নমকসি মী অদুদা লৈরবদি মহাক অদুবু ব্রাহ্মণনি হায়না খঙগদবনি" আস্তিক্য কপাযবু কৌবগে হায়বসিদুদি অসুম্না তাক্লি— "শ্রৌতে স্মার্ত্তে চ বিশ্বাসো যত্তদাস্তিক্যমুচ্যতে (শ্রী জা উ ২।৬)— বেদ অমসুং স্মৃতিনা তাকপা ৱা অমসুং কর্ম্মশিংদা থাজববু অস্তিক্য কৌই" ॥ ৪২ ॥

হৌজিক ক্ষত্রিয়শিংগী গুণ অমসুং হৌনশা ওইবা লৈবা কর্ম্মশিংবু অসুম্না তাক্লিবা—

শৌর্য্যং তেজো ধৃতির্দাক্ষ্যং যুদ্ধে চাপ্যপলায়নম্।
দানমীশ্বর ভাবশ্চ ক্ষাত্রং কর্ম্ম স্বভাবজম্ ॥ ৪৩।

অন্বয় ব্যাখ্যা — শৌর্য্য—থৌনা ফবা তেজ = মতীক মহাল লৈবা ধৃতি = পুক্নীং লৈতানা থমচনা অথাও কনবা, দাক্ষ্য—য়াম্না হৈ-শিংবা, যুদ্ধে চ অপি অপলায়নম=লাল তৌবদসু মায় ওন্দনা চেন্দবা দান=অতোপ্পগী মফমদা শেল থুম রচিংবা পোংশিংবু পুক্নীং মকা লাম্না পীথোকপা

ঈশ্বর ভাব চ=অমসুং লৈবাক ঙাক্নবা মপু ওইবা শক্তি লৈবা মসি পুম্নমক সি, ক্ষাত্রং স্বভাবজং কর্ম্ম=ক্ষত্রিয়শিংগী হৌনশাদগী পোকপা কর্ম্মনি ॥ ৪৩ ॥

**অপুনবা অর্থ** — থৌনা ফবা মতীক মঙাল লৈবা পুক্নীং লৈতাবা অথাও কনবা য়াম্না হৈশিংবা, লান্দা মায় ওন্দুনা চেন্দবা দান তৌবা অমসুং লৈবাক ঙাক্নবা মপু ওইবা লৈবা শক্তি লৈবা মসি পুম্নমকসি ক্ষত্রিয়শিংগী হৌনশাদগী পোকপা কর্ম্মনি ॥ ৪৩ ॥

অথুক্পা বা

মতৌ অসুম্না হায়রিবা ক্ষত্রিয়শিংগী হৌনশা ওইবা গুণশিংবু শ্রীভগবান্না উদ্ধবকী মকমদদা অসুম্না হায়রি—

তেজো বলং ধৃতি শৌর্য্যং তিতিক্ষৌদার্য্যমুদ্যম ।
স্থৈর্য্যং ব্রহ্মণ্যমৈশ্চর্য্যং ক্ষত্রপ্রকৃতয়স্ত্বিমা ॥
(ভাগবত ১১ | ১৭ | ১৭)

মতীক মঙাল লৈবা পাঙ্গল চাউবা পক্নী লৈতাবা লৈবা থৌনা ফবা, অথাও কনবা থম্মোয় থোংপা নোম্না কনবা লেংদবা স্বভাব ওইবা, ব্রাহ্মণগী মফমদা শ্রদ্ধা লৈবা অমসুং মপু ওইহনবা লৈবাক ঙাকপা মসি পুম্নমকসি ক্ষত্রিয়শিংগী হৌনশা ওইনা লৈবা গুণশিংনি ॥ ৪৩ ॥

হৌজিক বৈশ্য অমসুং শূদ্রগী হৌনশা ওইনা লৈবা গুণ অমসুং কম্মবু অসুম্না হায়রি—

কৃষিগোরক্ষ্যবাণিজ্যং বৈশ্যকর্ম্ম স্বভাবজম্ ।
পরিচর্য্যাত্মকং কর্ম্ম শূদ্রস্যাপি স্বভাবজম্ ॥ ৪৪ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — কৃষি গোরক্ষ্য বাণিজ্যং = লৌউবা শাশল য়োকপা লল্লোনবা মসি স্বভাবজম বৈশ্যকর্ম্ম=বৈশ্য জাতিগী হৌনশাদগী ওইবা কর্ম্মনি শূদ্রস্য অপি=অদুগা শূদ্র জাতিগীদি পরিচর্য্যাত্মকং কর্ম্ম = সেবা তৌহনবা লৈবগী মশক ওইবা কর্ম্ম স্বভাবজম — হৌনশাদগী ওইবনি ॥ ৪৪ ॥

**অপুনবা অর্থ** — লৌউবা শাশল য়োকপা অমসুং ললোনবা মসি বৈশ্য জাতিগী হৌনশাদগী ওইবা কর্ম্মনি, অদুগা শূদ্র জাতিগীদি সেবা তৌহনবা লৈবগী মশক ওইবা কর্ম্ম হৌনশাদগী ওইবনি ॥ ৪৪ ॥

অথুপ্পা বা

মসিদা হায়বা অসিগুম্না বৈশ্য অমসুং শূদ্রগী হৌবশাদগী ওইবা কর্ম্মশিংদু শ্রীভগবানদা উদ্ধবকী মকমদসু অসুম্না হায়রি—

আস্তিক্যং দাননিষ্ঠা চ অদম্ভো ব্রহ্ম সেবনম্।
অতুষ্টিরর্থোপচয়ৈর্বৈশ্য প্রকৃতয়স্ত্বিমা ॥
শুশ্রূষণং দ্বিজগবাং দেবানাং চাপ্যমায়য়া।
তত্রলব্ধেন সন্তোষ শূদ্র প্রকৃতয়স্ত্বিমা ॥

( ভাগবত ১১ | ১৭ | ১৮ | ১৯ )

"আস্তিক ওইবা ( বেদশিংবা শাস্ত্রবু থাজবা মথৌগী মতুংইন্না চৎপা ) দান তৌবদা পুক্নীং থিজিনবা, চাউথোকপা নৈতবা, ব্রাহ্মণগী সেবা তৌবা শেল তামবদা পেনবা নৈতবা মসি পুম্নমকসি বৈশ্যগী স্বভাবনি। অদুগা ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয় অমসুং বৈশ্য জাতি অহুমসিগী শল অমসুং দেবতাশিংগী পুক্নীং শেংনা সেবা তৌদুনা লৈবা অমসুং অদু বা পোং অদুনা পেন্দুনা লৈবসি শূদ্রগী স্বভাবনি।"

অদুগা ব্রাহ্মণশিংবা জাতি মরিমক্তা ওইবদি শাস্ত্রনা অসুম্না হায়রি—

অহিংসা সত্যমস্তেয়ং শৌচমিন্দ্রিয়নিগ্রহ।
দানং দমো দয়া ক্ষান্তি সর্ব্বেষাং ধর্ম্মসাধনম্ ॥

"জীবশিংবু অরাবা পীদবা, অচুম্বা ঙাংবা, হুরান্দবা পুক্নী হকচাং শেংনা থম্বা ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশিন্দুনা থম্বা দান তৌবা পুক্নীং কাজিনবা থৌজাল তৌবা অমসুং ঙাকপীহৈবা মসি পুম্নমকসি মী পুম্নমক্তা ওইবা ধর্ম্ম সীথনি" ॥ ৪৩ ॥

মতৌ অসুম্না ব্রাহ্মণশিং বা বর্ণ ( জাতি ) মরিগী চম্না কর্ম্ম অমসুং গুণ তাক্লবদা— মসিদা অসুম্না চিনবা পোকই মদুদি— শম দম শিংবা সাত্ত্বিক ওইবা গুণশিং ব্রাহ্মণগী ঙাক্তা ওইরবদি মখোয় ( শম, দম শিংবা ) অদুদা মোক্ষগী সাধন ওইবা মরম্না ব্রাহ্মণদনা মোক্ষ ফংগনি, ক্ষত্রিয়শিংবা অতৈদি মোক্ষ ফংবা ঙম্রোই। অসিগুম্বা চিংনবসিবু কোকহনগে হায়বগীদমক শ্রীভগবানদা অমুক অসুম্না হায়বা কৌই—

স্বে স্বে কর্ম্মণ্যভিরত সংসিদ্ধিং লভতে নর।
স্বকর্ম্মনিরত সিদ্ধিং যথাবিন্দতি তচ্ছৃণু ॥ ৪৫ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — স্বে স্বে কর্ম্মণি—মাগী মাগী হৌরশা ওইবা কর্ম্মদা (বর্ণ অমসুং আশ্রমগী মতুংইন্না মাগী মাগীদমক শাস্ত্রনা তৌ তাকপা কর্ম্ম অদুদা) অভিরত নর—পুক্নীং থিজিন্দুনা তৌরিবা মীহুনা সংসিদ্ধি লভতে=জ্ঞান ফবা ওয়বা সিদ্ধিবু (অন্ত করণ শেংবগী মশক ওইবা মতীক চাববু) ফংই মতৌ অসুম্না স্বকর্ম্ম নিরত=মাগীদমক শাস্ত্রনা তৌ তাক্লিবা কর্ম্মহ তৌবদা পুক্নীং থিংজিল্লিবা মীহুনা যথা সিদ্ধিং বিন্দতি=মতৌ করম্না সিদ্ধি (তত্ত্বজ্ঞান) ফংবগে তৎ শৃণু=হায়বহ নংনা তাও। ৪৫।

**অপুনবা অর্থ** — বর্ণ অমসুং শাস্ত্রগী মতুং ইন্না মাগী মাগীদমক শাস্ত্রনা তৌ তাকপা কর্ম্ম অদুদা পুক্নীং থিংজিন্দুনা তৌরিবা মীহুনা জ্ঞান ফংবগী মশক সিদ্ধিবু ফই মতৌ অসুম্না মাগীদমক শাস্ত্রনা তৌ তাক্লিবা কর্ম্মহ তৌবদা পুক্নীং থিংজিল্লিবা মীহুনা মতৌ করম্না তত্ত্ব জ্ঞানগী মশক ওইবা সিদ্ধি ফংবগে হায়বহ নংনা তাও ॥ ৪৫ ॥

অথুপ্পা বা

বর্ণ মরি (ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয় বৈশ্য অমসুং শূদ্র), অহুগা আশ্রম (ব্রহ্মচর্য্য গার্হস্থ্য বান প্রস্থ্য অমসুং সন্ন্যাস) মরিগীদমক শাস্ত্রনা থায়দোক্লা তাকপা কর্ম্মশিংবু মখোয়না মহৈ পাম্না তৌরবদি স্বর্গ নচিংবা মহৈ ফংই। মরম অসিনা আপস্তম্ব স্মৃতিদা অসুম্না হায়রি—

“বর্ণাআশ্রমাশ্চ স্বকর্ম্মনিষ্ঠা প্রেত্য কর্ম্মফলমনুভূয় তত শেষেণ বিশিষ্টদেশ জাতি কুলধর্ম্মায়ুঃ শ্রুত বৃত্তবৃত্তিসুখ মেধসো জন্মপ্রতিপদ্যন্তে।” (আ স্মৃ ২।২।২৩) “মাগী মাগী কর্ম্মদা পুক্নীং থিংজিন্দুনা লৈবা বর্ণ অমসুং আশ্রমগী মীশিংনা শিরবা তুংদা স্বর্গদা কর্ম্মগী মহৈ চারগা মহুদগী লেমহৌবা কর্ম্মগী মতুংইন্না মখোয়না অফবা দেশ জাতি, শাগৈ ধর্ম্ম, পুন্সী বিদ্যা (মহৈ মশিং) আচার (লমচৎ), লল (শেল থুম), নুংঙাইবা অমসুং বুদ্ধি লৌশিং নচিংবা ফংহুনা অমুক হন্না পোকই।” অহুগা মখোয়না কর্ম্মগী মহৈ পামদনা মোক্ষগীদমক অন্ত করণ শেংনবা তৌরবদি মহুদগী অন্ত করণ শেংলবা তুংদা তত্ত্বজ্ঞান ফংহুনা মোক্ষ ফংবা মতীক চাবা ওই।

মরম অসিনা মনুনসু অসুম্না হায়রি—

শ্রুতি স্মৃত্যুদিতং ধর্ম্মমনুতিষ্ঠন্ হি মানব।
ইহ কীর্ত্তিমবাপ্নোতি প্রেত্য চানুত্তমং সুখম্ ॥
(ম স্মৃ ২।৯)

"শ্রুতি ( বেদ ) অমসুং স্মৃতিনা তৌ তাকপা ধর্ম্মবু ( কর্ম্মবু ) তৌদুনা লৈরিবা মীনা মকম-সিদা ( মীওইবগী লোকসিদা ) মিংচৎ ফংদুনা লৈ অমসুং শিরবা তুংদা থায়দগী অথোইবা মুংঙাইবা ফংই।"

মহর্ষি হরিতনসু অসুম্না হায়রি—

স্বধর্ম্মং যেঽনুতিষ্ঠন্তি তে যান্তি পরমাং গতিম্ ॥

( হ স্মৃ ৭। ১৯)

"মীশিংদুনা মাগী মাগী মথৌ ওইবা ধর্ম্মবু ( কর্ম্মবু ) মীংথিনা তৌদুনা লৈ অদুগুম্বা মথোয়না অথোইবা য়াইফববু ( মোক্ষবু ) ফংই" ॥ ৪৫ ॥

হৌজিক মতৌ করম তৌবা মাগী মাগী মথৌ ওইবা কর্ম্মবু মহৈ পামদনা ঈশ্বরদা কথোক্লগা তৌদুনা লৈবা মীনা অন্ত করণ শেংথিদুনা তত্ত্বজ্ঞানগী মশক ওইবা সিদ্ধি ফংবগে হায়বদু অসুম্না হায়রি—

যতঃ প্রবৃত্তির্ভূতানাং যেন সর্ব্বমিদং ততম্।
স্বকর্ম্মণা তমভ্যর্চ্য সিদ্ধিং বিন্দতি মানবঃ ॥ ৪৬ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — যত =অন্তর্যামী ঈশ্বর অদুদগী হায়বদি মায়া শক্তিনা ওইদুনা নিমিত্ত ( সংসার শাবিবা কর্ত্তা ) অমসুং উপাদান ( সংসারগী মচাক ) ওইবা মরম পরমাত্মা অদুদগী ভূতানাং প্রবৃত্তি —অচৎ চত্ত তাইবঙ পুম্নমকসিগী পোকপা ওই যেন=সৎ অমসু চিৎ ( চতন ) ওইবা পরমাত্মা অদুনা সর্ব্বং ইদং ততম —লেংঙলি পাল্লিবা পুম্নমকসি শীনথুংলি তম —অদু গুম্বা অন্তর্যামী ঈশ্বরদুবু স্বকর্ম্মণা অভ্যচ্য=শাস্ত্রনা তৌ তাকপা মাগী মাগী কর্ম্মনা পুজা তৌরগা মানব সিদ্ধিং বিন্দতি=মীনা অন্ত করণ শেংদুনা তত্ত্বজ্ঞান ফংবগী মতৌক চাবগী মশক ওইবা সিদ্ধিবু ফংই। ৪৬ ॥

অপুনবা অর্থ — মায়া শক্তিনা মরম ওইদুনা সংসারগী কর্ত্তা অমসুং উপাদান ( মচাক ) ওইবা পরমাত্মা অদুদগী অচৎ চত্ত তাইবঙ পুম্নমকসিগী পোকপা ওই, অদুগা সৎ অমসুং চিৎ ওইবা পরমাত্মা লেংঙলি পানলিবা পুম্নমকী শীনথুংলি অদুগুম্বা অন্তর্যামী ঈশ্বরদুবু শাস্ত্রনা তাকপা মাগী মাগী কর্ম্মনা পুজা তৌরগা ( মহৈ পাম্বা তৌদনা ঈশ্বরদা কথোক্লুনা কর্ম্ম তৌরগা ) মীনা অন্ত করণ শেংদুনা তত্ত্বজ্ঞান ফবগী মশক ওইবা সিদ্ধিবু ফংই ॥ ৪৬ ॥

## অথুপ্পা বা

মায়াবু উপাধি ওইনা লৌদুনা লৈবা সর্বজ্ঞ ( পুম্নমকপু ( খঙবা ) অমসুং সর্ব্বশক্তিমান্ ( পুম্নমক তৌবা ঙম্বা ) পরমাত্মানা অচৎ চত্ত তাইবঙ পুম্নমকসিবু শেম্বনি। মহাক ( ঈশ্বর )

তাইবংসিগী শান্নবা মরম ( নিমিত্ত ) অমসুং মচাক ওইবা মরম ( উপাদান ) অনীমক্নি। মায়ানা মরম ওইহুনা মঙোন্দা ( ঈশ্বরদা ) থোরীদা লিল উবগুম চঙজহুনা তাইবংসি লৈবা অমসু উবা মরমদগী মহাকপু ( ঈশ্বরবু ) মচাক ওইবা মরম্নি হায়বনি। মহাক্না ( ঈশ্বরনা ) লৈপাক্না চক্ষু ওইবগুম্না মশক ওন্থোক্লুনা তাইবংসিগী মচাক ওই হায়বা নত্তে। মহাক্তি ( ঈশ্বরদি ) লিল শুইনা উরিবা থোরী মকক্কী মতৌগুম্না মতম পুম্নমক্তা মশাগী মওংদা লেংদনা লৈরিবনি। মশক ওন্থোক্লুনা তাইবংসিগী মচাক ওইবদি মায়াগী মশক ওইবী প্রকৃতিনি। মরম অসিনা শ্রুতিনা হায়রি— "মায়াং তু প্রকৃতিং বিদ্যাৎ" ( শ্বে উ ৪।১০ ) "মায়াবু তাইবংগী মচাক ওইবী প্রকৃতিনি হায়না খঙউ।" মরম অসিনা স্বপ্না মায়াগী চঙজক্ষম ( অধিষ্ঠান ) ওইনা লৈবদগী ঈশ্বরবু তাইবংগী মচাক্নি হায়বনি। বেদান্তদর্শনদসু ব্রহ্ম ( ঈশ্বর ) কদায়বু কৌবগে হায়বহু অসুম্না তাক্নি— "জন্মাদ্যস্য যতঃ" ( বে দ ১।১।২ ) "অচং চত্ত তাইবং পুম্বসিগী পোকপা, লৈবা অমসুং মাংবা অহুমসি মঙোন্দগী ওইবা অহু ব্রহ্মনি" মসিবু শ্রুতিনসু অসুম্না হায়রি— "যতোবা ইমানি ভূতানি জায়ন্তে যেন জাতানি জীবন্তি যৎ প্রয়ন্ত্যভি সং বিশন্তি, তদ্বিজিজ্ঞাসস্ব, তদ ব্রহ্ম" ( তৈ উ ৩।১ )— "মহুদগী অচং চত্ত তাইবং পুম্নমকসি পোকই পোক্লুনা লৈবা পুম্নমক মহুনা মরম ওইহুনা হিংহুনা লৈ অহুগা পুম্নমক অহু মাংবা মতমদা অমুক হন্না মঙোন্দা তিল্লী, অহুগুম্বা মহাক অহু ব্রহ্মনি মহুবু খঙনবা হোৎনৌ।" অসিগুম্বা ব্রহ্মসি লেংলি পাল্লিবা তাইবংসিগী চঙজক্ষম ( অধিষ্ঠান ) ওইনা মকম পুম্নমক্তা শীন থুংনা লৈরিবনি মরম অসিনা মহাক পুম্নমক্কী অন্তর্যামিনি (পুম্নমক্কী মনুং দা লৈহুনা ঙাক শেনবনি)। মসিবু শ্রুতিনা অসুম্না হায়রি—

য সর্ব্বেষু ভূতেষু তিষ্ঠন্ সর্ব্বেভ্যো ভূতেভ্যো ঽন্তর, যং সর্ব্বাণি ভূতানি ন বিদুর্যস্য সর্ব্বাণি ভূতানি শরীরং, য সর্ব্বাণি ভূতান্যন্তরো যময়তি এষ তে আত্মা ঽন্তর্যাম্যমৃত

( বৃ উ ৩—৭।১৫ )

"মহাক অহু (আত্মাগী মশক ওইবা ব্রহ্মহু) অচং চত্ত তাইবং পুম্নমকসিদা লৈহুনা তাইবং পুম্নমকসিদগী অতোপ্পা অমা ওইনা মখুং চন্দুনা লৈ ( তাইবং পুম্নমকসিগী চঙজক্ষম অধিষ্ঠান ওইনা শীনথুংনা লৈ ) অহুবু তাইবং পুম্নমকসিনা মহাকপু খঙদে অহুগা তাইবং পুম্নমকসি মাগী হকচাংনি তাইবং পুম্নমকসিবু মহুনা মনুং দা ঙাক শেল্লিবনি, অসিগুম্বা মহাকী (সাধকুকী) আত্মাসি ব্রহ্মগী মশক ওইবা আত্মানি, অন্তর্যামীনি অমসুং অমৃতনি।" অসিগুম্বা আত্মাগী মশক ওইবা পরমেশ্বরগী পূজাবু ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয়নচিংবা জাতি মরিনা অমসুং আশ্রম মরিনা মখোয় মখোয়গীদমক শাস্ত্রনা তাক্লিবা কর্ম্মশিংহু পান্না থাদোক্লুনা মতম পুম্নমক্তা তৌহুনা লৈগদবনি।

মহুদগী অন্তঃকরণ শেংদোকখিহুনা মথোয়না তত্ত্বজ্ঞান ফংনবা মতীকী মশক ওইবা সিদ্ধি ফংহুনা মনৈমথঙদা মোক্ষ ফংগদবনি ॥ ৪৬ ॥

মতৌ অসুম্না ব্রাহ্মণনচিংবনা মাগী মাগী মথো ওইবা শাস্ত্রনা তাক্লিবা কর্ম্মশিং অংদগী খ্বায়দগী অথোইবা য়াইফবা (মোক্ষ) ফংবা ঙম্বা মরম্না মাগী মথো ওইবা কর্ম্ম থাদোক্লগা অতোপ্পগী মথো কর্ম্ম তৌবসিদি য়াম্না ফত্তে হায়বসিবু অসুম্না তাক্লি—

শ্রেয়ান্ স্বধর্ম্মোবিগুণ পরধর্ম্মাৎ স্বনুষ্ঠিতাৎ।
স্বভাবনিয়তং কর্ম্ম কুর্ব্বন্নাপ্নোতি কিল্বিষম্ ॥ ৪৭ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— স্বনুষ্ঠিতাৎ = য়াম্না মীংথিনা ফজনা মপূ ফানা তৌগ্রবা, পরধর্ম্মাৎ — অতোপ্পগী মথো ওইবা শাস্ত্রনা তাকপা ধর্ম্ম (কর্ম্ম) অহুদগী বিগুণ =অয়াব অহুই য়াওদনা মপূং ফানা তৌবা ঙমখিদবা ওইরবসু স্বধর্ম্ম =শাস্ত্রনা মাগীদমক মথো ওইবা তাকপা কর্ম্মহু শ্রেয়ান— মাগীদমক থোইদোক হেন্দোক্লা ফবনি (য়াইফবা পীহৈবনি) মরমদি— স্বভাব নিয়ত কর্ম্ম কুর্ব্বন=পোকপদগী হৌবা হৌরশা ওইনা ফংবা কর্ম্মহুবু তৌহুনা লৈবা মীনা কিল্বিষ ন আপ্নোতি=করিগুম্বা পাপ অমত্ত ফংদে ॥ ৪৭ ॥

অপূনবা অর্থ — য়াম্না মীংথিনা মপূংফানা তৌগ্রবা অতোপ্পগী মথো ওইবা কর্ম্ম অহুদগী অয়াব অহুই য়াওদনা মপূংফানা তৌবা ঙমখিদবা ওইরবসু শাস্ত্রনা মাগী মথো ওইনা তাকপা কর্ম্মহু মাগীদমক থোইদোক হেদোক্লা ফৈ মরমদি পোকপদগী হৌবা হৌরশা ওইবা ফংবা কর্ম্মহুবু তৌহুনা লৈবা মীনা পাপ অমত্ত ফংদে ॥ ৪৭ ॥

অখূপ্পা বা

অহানবদা শ্রীভগবান্না ব্রাহ্মণগী মথো অমসুং গুণ করিনো অংগা ক্ষত্রিয় নচিংবগী মথো অমসুং গুণ করি করিনো হায়বসি মীখিনা তাকখ্রে। মহুদা শৌর্য্যনচিংবসি (থৌনা ফব নচিংবসি) ক্ষত্রিয়শিংগী গুণনি অমসুং অন্যায় (চুমদবা) তৌবা মীশিংবু লান্দা হাংলগা প্রজা শিংবু ঙাক্লুনা থম্বসি মথৌনি। অহুবু অর্জ্জুন্না ভীষ্ম, দ্রোণ নচিংববু লান্দা হাত্তুনা হিংসা তৌবসি পাপ্নি হায়না খল্লী। মতৌ অসুম্না মানা (অর্জ্জুন্না) লান্না খল্লিবা অহুবু কোকহনগে হায়বগী দমক শ্রীভগবান্না শ্লোকসি হায়ক্লিবনি। ক্ষত্রিয় ওইরগা ব্রাহ্মণ নচিংবগী মথো তৌবা চুমদে মহু য়াম্না মীংথিনা তৌদবা মশাগী মথো অহুনা থোইনা হেন্না ফৈ অহুগা মহুদা পাপসু লৈত্তে। অহুগা মশাগী ভৌকম থোকপা মথো থাদোক্লগা অতোপ্পগী মথো তৌরবদি পাপ শোয়দনা ফংগনি। মরম অসিদগী মসুমক্তু অসুম্না হায়রি—

বেদোদিতং স্বকং কর্ম্ম নিত্যং কুর্য্যাদতন্দ্রিতঃ।
তদ্ধি কুর্ব্বন্ যথা শক্তি প্রাপ্নোতি পরমাং গতিম্॥
(ম স্মৃ ৪।১৪)

"বেদনা তৌ তাকপা মশা মশাগী মথৌ ওইবা কর্ম্মবু অতমবা লৈতনা মতম পুম্নমক্তা তৌথনা লৈগদবনি। মশাগী মথৌ ওইবা কর্ম্মশিবু অসুম'খ তৌথনা লৈরবদি মীওনা খ্বাইদগী অথোইবা য়াইফববু (মোক্ষ) ফংই।" অদুগা হারিত মহর্ষিনসু অসুম্না হায়রি—

স্বধর্ম্মেণ যথা নৃণাং নরসিংহঃ প্রসীদতি।
নতুষ্যতি তথাহন্যেন কর্ম্মণা মধুসূদনঃ॥ (হা স্মৃ ৭।৯)

"বেদ শাস্ত্রনা তাকপা মথৌ তৌবদা নরসিংহ ভগবান্না পেনবিরমুক অতোপ্পা মীগী মথৌ ওইবা থবক তৌরুবশিবুদি মধুসূদন ভগবান্না পেন্দে।"

মরম অসিনা মী খুদিংমক্তা অতোপ্পগী মথৌ তৌদনা মাগী তৌগদবা মথৌ অদু তৌথনা লৈনবা হোৎনগদবনি। অফবা ওইরবসু অতোপ্পগী মথৌবুদি তৌরোইদবনি। অত্রিস্মৃতিদসু অসুম্না হায়রি—

পরধর্ম্মো ভবেৎ ত্যাজ্যঃ সুরূপ পরদারবৎ
(অত্রি স্মৃ ১৮)

"অতোপ্পগী য়াম্না ফজবী নুপীবু থাদোকপগী মতৌগুম্বা অতোপ্পগী মথৌ ওইবা থবকপুসু শোয়দনা থাদোক্কদবনি"॥ ৪৭॥

হৌদগী পোকপা তীন্দা দোষ লৈবা ওইরবসু তৌল'হৌদা হু চঙদবগী মতৌগুম্না, পোকপদগী হৌরশা ওইনা ফংবা কর্ম্মদা দোষ লৈরবসু মহু তৌবদা পাপ ওইদে হায়রসি মথক্কী শ্লোক্তা শ্রীভগবান্না তাকখ্রে। অদুগা অহুমশুবা অধ্যায়দা "স্বধর্ম্মে নিধনং শ্রেয় পরধর্ম্মো ভয়াবহ" (গীতা ৩।৫) মশাগী তৌগদবা মথৌ তৌথনা শিরসি য়াম্না ফৈ অতোপ্পগী মথৌ ওইবা কর্ম্ম তৌবদি অফিবগী মশক্নি।" অদুগা মসিদা নত্তনা "নহি কশ্চিৎ ক্ষণমপি জাতু তিষ্ঠত্য কর্মকৃৎ" (গী ৩।৫) করাগুম্বা অজ্ঞানী অমত্তা মীকুপ অমত্তং ফাওবা কর্ম্ম তৌদনা লৈবা ঙমদে" হায়রসিসু মথক্তা হায়খ্রে। মরম অসিনা মশা মশাগী হৌরশা ওইনা ফংবা তৌগদবা কর্ম্মদু দোষ লৈবা ওইরবসু তত্ত্বজ্ঞান ফংদ্রিকাওবা মহৈ পাম্বা থাদোক্লগা পূর্ণং শেংনবা তৌথনা লৈগদবনি হায়রসি হৌজিক শ্রীভগবান্না অসুম্না তাক্লি—

সহজং কর্ম্ম কৌন্তেয় সদোষমপি ন ত্যজেৎ।
সর্ব্বারম্ভা হি দোষেণ ধুমেনাগ্নিরিবাবৃতাঃ॥ ৪৮॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা °—** কৌন্তেয়=কুন্তীমচা হে অর্জুন। সদোষং অপি=সত্ত্বচিংবা গুণ অহুমদগী পোকপা মরমদগী দোষ শোয়দনা লৈবা ওইরবসু সহজং কর্ম্ম=হৌনপা ওইবা পোকপদগী লোয়নররকুবা কর্ম্মবু, ন ত্যজেৎ=পুক্নীং শেংন্দ্রিবা অহুপকী মথৌ থাদোক্লোইদবনি হি=মসিগী মরমদি, ধূমেন অগ্নি ইব—মৈথুনা মৈবু কুপ্সুনা (খুমহূনা) লৈবগী মতৌগুম্না, সর্ব্বারম্ভা = মশাগী অমম্সুং অতোপ্পনা তৌগদবা মথৌ ওইবা কর্ম্ম পুম্নমকসি গুণ অহুমগী মশক ওইবা মম্না দোষেণ আবৃতা =দোষনা কুপ্সুনা ( খুমহূনা ) লৈরিবনি ॥ ৪৮ ॥

**অপুনবা অর্থ °—** কুন্তীগী মচা হে অর্জুন! সত্ত্বচিংবা গুণ অহুমদগী পোকপা মরমদগী দোষ শোয়দনা লৈবা ওইরবসু হৌনপা ওইবা পোকপদগী লোয়নররকুবা কর্ম্মবু পুক্নীং শে ন্দ্রিবা মতম অহুকী মথৌ থাদোক্লোইদবনি, মরমদি— মৈথুনা মৈবু কুপ্সুনা লৈবগী মতৌগুম্না মশাগী অমম্সুং অতোপ্পগী তৌগদবা মথৌ ওইবা কর্ম্ম পুম্নমকসি দোষনা কুপ্সুনা লৈবা ডাক্তনি ॥ ৪৮ ॥

## অথৃপ্পা বা

স্বধর্ম্ম ( মশাগী ধর্ম্ম ) ওইবা সহজ কর্ম্মবু ( পোকপদগী লোয়নবা লাকপা কর্ম্মবু ) থাদোক্লুনা অতোপ্পগী মথৌ ওইবা কর্ম্ম তৌহূনা লৈরবসু দোষ লৈতবা কনা অমত্তুনা লৈবা উমদে। মরমদি কর্ম্ম পুম্নমকসি দোষগী মশক ওইবা সত্ত্বচিংবা গুণ অহুমদগী ওইরকপা মরম্না দোষ লৈবা ডাক্তুনি। ইথৌ নত্তবা অতোপ্পগী মথৌ ওইবা কর্ম্মহুবু তৌহূনা লৈরবসু দোষ য়াওদনা লৈবা উমদ্রবদি ইথৌ ওইবা থবক অহু তৌহূনা করিগী লৈরোই? "অতোপ্পগী মথৌ তৌহূনা লৈবসি অকিবগী মশক্নি" ( গীতা ৩। ৩৫ ) হায়বসিসু অহানবদা হায়খ্রে। মরম অসিনা ভাগবতকী মমুংদসু রাজা নিমিগী মফমদা আবির্হোত্র কৌবা ঋষিনা অসুম্না হায়রি—

নাচরেৎ যস্তু বেদোক্তং স্বযমজ্ঞোঽজিতেন্দ্রিয়।
বিকর্মণা হ্যধর্মেণ মৃত্যো মৃত্যুমুপৈতি স

( ভাগ ১১।৩।৪৫ )

"ইন্দ্রিয়শিংবু খুহুম চনবা উমদবা অজ্ঞানী ওইবা মীহূনা মশাগী মথৌ ওইবা বেদনা তাকপা কর্ম্মবু তৌত্রবদি মহু তৌদবগী মশক ওইবা অধর্ম্মনা ( ধর্ম্ম লৈতবনা ) মরম ওইহূনা মহাক হন্না হন্না সংসারসিদা পোক্ল শিন্না তৌহূনা লৈ।"

মতৌ অসুম্না শ্রীভগবানসু উদ্ধবকী মফমদা অসুম্না হায়রি—

স্বে স্বেঽধিকারে যা নিষ্ঠা স গুণঃ পরিকীর্ত্তিত।
বিপর্য্যয়স্তু দোষ স্যাদুভয়োরেষ নিশ্চয়ঃ॥

( ভাগ ১১।২১।২ )

"মশা মশাগী তৌকম থোকপা মতীক চাবা কর্ম্মদা য়াম্না থাজনা লৈবত্রু গুণনি মসিদগী ওন্না তৌমবা ( মশাগী মতীক চাদবা কর্ম্মদা থাজত্রুনা মত্রু তৌত্রুনা লৈবা ) অসি দোষনি। মসি গুণ অমস্তুং দোষ অনীসিগী অরেপ্পা মওঙনি।"

মরম অসিনা পোকপদগী হৌত্রুনা মাগী মথৌ ওইনা ফংবা কর্ম্মত্রু মহৈবু পাম্বা তৌদনা শোয়দনা তৌত্রুনা লৈগদবনি। মত্রুদগী পুক্নীং শেংদোকখিত্রুনা মত্রুদা ( পুক্নীংদা ) জ্ঞান পোক্লবা মতীক ফংগনি ॥ ৪৮ ॥

অত্রু ওইরবদি কনানা কর্ম্ম থাদোকপা ঙমগনি হায়না চিংনরবদা শ্রীভগবান্না মাত্রুগী পাউখুম অস্তুম্না পীরি—

অসক্তবুদ্ধিঃ সর্ব্বত্র জিতাত্মা বিগতস্পৃহঃ।
নৈষ্কর্ম্ম্যসিদ্ধিং পরমাং সন্ন্যাসেনাধিগচ্ছতি ॥ ৪৯ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা :— সর্ব্বত্র = পুম্নমক্কী মফমদা ( ইচা ইশু মুপী নহা, লন থুম্নচি বা পুম্নমক্কী মফমদা ) অসক্ত বুদ্ধি = পুক্নী চঙবা থাদোক্লবা ( "খোয় ঐগীনি অমস্তুং ঐ মখোয়গীনি অসিনচিংবা বাখল থাদোক্লবা ) জিতাত্মা — পুক্নীবু জয় তৌত্রুনা থম্লবা ( মনবু সংসারগী পোৎ শিংদগী ফাজন্দুনা থম্লবা ) মরম অসিনা বিগতস্পৃহ = কবিগুম্বা অমদা অপাম মিহৌ লৈত্রবা মীত্রুনা, সন্ন্যাসেন = কর্ম্ম পুম্নমক থাদোকপগী মশক ওইবা সন্ন্যাস লৌবনা ( লম্বোইত্রুনা লৈবনা ) মরম ওইত্রুনা, পরমাং নৈষ্কর্ম্ম্য সিদ্ধিং = খ্বায়দগী অথোইবা অমস্তু কর্ম্ম অমত্ত লৈতবা আত্মাগী মশক ওইবা ব্রহ্মবু ফংনবা জ্ঞানবু ( ঐ ব্রহ্মনি হায়বা শংশঙবা জ্ঞানবু ) অধিগচ্ছতি = ফংই ॥৪৯॥

অপুনবা অর্থ — পোৎ পুম্নমক্কী মফমদা পুক্নীং চঙবা থাদোক্লবা মত্রুদগী পুক্নীংবু (মনবু) জয় তৌত্রুনা থম্লবা মরম অসিনা কবিগুম্বা পোৎ অমদা অপাম মিহৌ লৈত্রবা মীত্রুনা কর্ম্ম পুম্নমক থাদোকপগী মশক ওইবা সন্ন্যাস লৌবনা মরম ওইত্রুনা খ্বায়দগী অথোইবা অমস্তুং কর্ম্ম অমত্ত লৈতবা আত্মাগী মশক ওইবা ব্রহ্মবু ফংনবা জ্ঞান ফংই ॥ ৪৯ ॥

অথুপ্পা বা

আত্মাবু খঙদবা অজ্ঞানীনা "ঐ কর্ত্তানি অমস্তুং ভোক্তানি" হায়না খঙত্রুনা লৈরিবা মতম অত্রুক্কী মথৈ কর্ম্ম থাদোকপা ঙমদনা লৈ। মতম অত্রুদা সংসারগী পোৎ চৈশিংদা পুক্নীং থিংজিন ত্রুনা অপাম্বা পোৎশিংবু ফংনবা হোৎনত্রুনা লৈ অমস্তুং ইমুং মনু গী মুপী-নহা ইচা-ইশুনচিংবা পুম্নমক্কী মফমদা "মখোয় ঐগীনি অমস্তুং ঐ মখোযগীনি" হায়বা বাখলসি অরেপ্পা ওইনা লৈ। অত্রুবু অহানবদা তৌখিবা পুণ্যগী মহৈনা মরম ওইনা কনাগুম্বনা "ঐ কনামো" হায়বা মশাগী মশক খঙনীংত্রুনা মানা তৌজন্নিবা কর্ম্ম পুম্নমক অত্রুবু ঈশ্বরদা কথোক্লগা মহৈ পামদনা ইবুংঙো

মাগী পেন্নবগীদমক্তি খন্দুনা থবক পুম্নমক তৌদুনা লৈরবদি, মহাদগী অক্ত কয়ণ পুক্নী ) শেংদোক খিদুনা মাগী পুক্নী, অদুদা বৈরাগ্য ( সংসারবু পামদবা ) পোক্লকই। অদুগা বৈরাগ্য অদুনা মরম ওইদুনা কর্ম্ম পুম্নমকপু থাদোকপগী মশক ওইবা সন্ন্যাস লৌদুনা আত্মাগী অশংবা মশক খঙনবা ঙাংবৈ। মতৌ অসুম্না ঙাংনবা অদুদগী আত্মাবু ব্রহ্মগী মশক ওইনা জ্ঞান কংই। অসিগুম্বা জ্ঞানসি ফংলবা মতমদা মীদুনা মশামকপু কর্ম্ম অমত্তু লৈতবা অমসুং শীন থুংবা অমত্তু ওইনা লৈবনি হায়বসি মী খিবা লেপ্পী। শ্রুতিনসু আত্মাগী মশক অসুম্না তাক্লি— "নিষ্কলং নিষ্ক্রিয়ং শান্তম্" ( শ্বে উ ৬।১৯ ) "আত্মাসি মচেং মকায় তাদবনি ক্রিয়া ( কর্ম্ম ) লৈতবনি অমসুং শীন থুংবা য়াম্না তপ্পা লৈবনি" অসিগুম্বা আত্মাসিবু খঙনবগী অথোইবা উপায়দি (পাইখেদি) সন্ন্যাসনি হায়বসিবু শ্রীভগবান্না শ্লোকসিদা তাক্লি। সন্ন্যাস কয়ম্বা মতমদা লৌগদগে হায়বসিবু রাজা জনকী মফমদা যাজ্ঞবল্ক্যনা অসুম্না হায়রি—

"ব্রহ্মচর্য্যং সমাপ্য গৃহীভবেৎ, গৃহীভূত্বা বনীভবেৎ, বণীভূত্বা প্রব্রজেৎ। যদি বেতর থাব্রহ্মচর্য্যাদেব প্রব্রজেৎ, গৃহাদ্বা, বনাদ্বা যদহরেব বিরজেৎ তদহরেব প্রব্রজেৎ। ( জাবালোপনিষৎ ৪।১ )—"ব্রহ্মচর্য্য আশ্রমদা লৈদুনা লাইরিক লাইত্ত তম্লবা তুংদা য়ুম পান্দুনা লৈগদবনি, য়ুম পান্দুনা লৈরগা তুংদা বানপ্রস্থী ওইনা লৈগদবনি অদুগা বানপ্রস্থী ওইরগা তুংদা সন্ন্যাস লৌদুনা সন্ন্যাসী ওইনা লৈগদবনি। ( মতৌ অসুম্না হায়রিবসিদি মথং মনাও নাইবা আশ্রম মরিগী মতুংইন্না তাকপনি। মসি নত্তনা পুক্নীদা বৈরাগ্য পোক্লরবা মীদমক্তি মথাদা অসুম্না হায়রি )। নত্রগা ( আশ্রমগী মথং মনাও নাইবা নিয়ম লৈতনা ) ব্রহ্মচর্য্য আশ্রমদগী সন্ন্যাস লৌগদবনি নত্রগা য়ুম্বান্দুনা লৈবদগীসু সন্ন্যাস লৌগদবনি, নত্রগা বানপ্রস্থ আশ্রমদগীসু সন্ন্যাস লৌগদবনি নুমিৎ অদুদা মপুংফানা বৈরাগ্য ওই অদুগুম্বা নুমীৎ অদুদা সন্ন্যাস লৌগদবনি।"

মতৌ অসুম্না সন্ন্যাস লৌরগা তুংদা মহাক অমুক হন্না কর্ম্ম তৌবনা মতীক চাদে শিবা অমসুং লুশুপ থাদোক্লুনা মশাগী ( আত্মাগী ) মশক ওইবা ব্রহ্মগী ধ্যান তৌবদা পুক্নী থিং তিন্দুনা লৈগদবনি। মহাদগী অপেংবা আত্মজ্ঞান কংদুনা শিরবা তুংদ ব্রহ্মদা হিন্দুনা লৈংগী মশক ওইবা মোক্ষ কংই। মরম অসিনা মফমসিদা শ্রীভগবান্না সন্ন্যাসবু কর্ম্ম লৈতবা আত্মাগী জ্ঞান ফংনবা ঙাংনবদা সাধবনি ( পাইখেনি ) হায়না তাক্লি॥ ৪৯॥

মতৌ অসুম্না সন্ন্যাস লৌদুনা ব্রহ্মজ্ঞান কংনবা ঙাংনরিবা মীদুগী মথং মনাও নাইবা সাধনশিংবু শ্রীভগবান্না অসুম্না হায়বা ঙোই—

সিদ্ধিং প্রাপ্তো যথা ব্রহ্ম তথাপ্নোতি নিবোধ মে।
সমাসেনৈব কৌন্তেয় নিষ্ঠা জ্ঞানস্য যা পরা॥ ৫০ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — কৌন্তেয়—কুন্তীগী মচা হে অর্জুন! সিদ্ধিংপ্রাপ্ত =মাগী তৌগদবা মথৌ ওইবা কর্ম্মবু মহৈ পামদনা ঈশ্বরদা কখোল্লগা ইবু ৱো মাগী পূজা ওইনা তৌবা মরমদগী পুক্নী শেংদোকখিত্নমা জ্ঞান ফংনবা মতীক চাবগী মশক ওইবা সিদ্ধিবু ফংহুনা সন্ন্যাস লৌরগা লৈবা মীহুনা যথা ব্রহ্ম আপ্নোতি—মতৌ অদুম্না অশেংবা আত্মাগী মশক ওইবা ব্রহ্মবু ফংই তথা=অদুগুম্না মতৌ অদুবু সমাসেন এব মে নিবোধ=সন্নপ্না কুঞ্চ ঐহাক্তগী নংনা খঙউ যা—মহুদি, জ্ঞানস্য পরা নিষ্ঠা=ব্রহ্মাত্মজ্ঞানগী খ্বায়দগী অখোইবা ফীবম্নি॥ ৫০ ॥

অপুনবা অর্থ:— কুন্তীগী মচা হে অর্জুন। মাগী তৌগদবা মথৌ ওইবা কর্ম্মবু মহৈ পামদনা ঈশ্বরদা কখোকপা মরমদগী পুক্নীং শেংদোকখিত্নমা জ্ঞান ফংনবা মতীক চাবগী মশক ওইবা সিদ্ধিবু ফংহুনা সন্ন্যাসী ওইবা লৈরবা মীহুনা মতৌ অদুম্না অশেংবা আত্মাগী মশক ওইবা ব্রহ্মবু ফংই অদুগুম্না মতৌ অদুবু শন্নপ্না কুঞ্চ ঐহাক্তগী নংনা খঙউ, মহুদি ব্রহ্মাত্মজ্ঞানগী খ্বায়দগী অখোইবা অমসুং অরোইবা ফীবম্নি। ৫০ ॥

হৌজিক মথক্তা হায়রিবা জ্ঞান নিষ্ঠা (ব্রহ্মাত্মজ্ঞানগী খ্বায়দগী অখোইবা অমসুং অরোইবা ফীবম) অসিবু মতৌ করম্না ফংবা ঙমগদগে হায়বদু শ্রীভগবান্না শ্লোক অহুম্না অসুম্না তাক্নি—

বুদ্ধ্যা বিশুদ্ধয়া যুক্তো ধৃত্যাত্মানং নিয়ম্য চ।
শব্দাদীন্ বিষয়াংস্ত্যক্ত্বা রাগদ্বেষৌ ব্যুদস্য চ॥ ৫১ ॥
বিবিক্তসেবী লঘ্বাশী যতবাক্ কায়মানস।
ধ্যানযোগপরো নিত্যং বৈরাগ্যং সমুপাশ্রিত॥ ৫২ ॥
অহংকারং বলং দর্পং কামংক্রোধং পরিগ্রহম্।
বিমুচ্য নির্মম শান্তো ব্রহ্মভূয়ায় কল্পতে। ৫৩।

অন্বয় ব্যাখ্যা:— বিশুদ্ধয়া=চিংনবা অমসুং ওন্না তৈনবা শৈশ্রবা অশেংবা বুদ্ধ্যা যুক্ত=পরোক্ষগী মওঙ ওইবা (শংশওনদি খঙত্রিবা) ব্রহ্মাত্মজ্ঞান লৈরবা সন্ন্যাসী, ধৃত্যা চ=অমসুং পুক্নীং লৈতাবা থম্বগী মশক ওইবা অথাঙ কনবগা আত্মান, নিয়ম্য=হকচাং ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশিন্নুবা থম্নগা, শব্দাদীন বিষয়ান ত্যক্ত্বা=ঙওাইফদবা শব্দ শিংবদি মত্তবা অকে-অমোগী শব্দ-শিংবা (শব্দ, স্পর্শ, রূপ, রস অমসুং গন্ধ) ভোগ্য মওাসিবু থাদোক্নুনা (হকচাং হিংহুনা থম্নবা বিষয় মত্তবা বিষয়শিংবু থাদোক্নুনা), রাগদ্বেষৌ ব্যুদস্য চ=অপাম্বা পোক্ত নুংশিবা অমসুং

পাম্নবা পোৎস্তু য়েংথিবা থাদোক্লগা ॥ ৫১ ॥ বিবিক্ত সেবী=অচীকপা অমসুং অশেংবা মফমদা লৈরগা লঘ্বাশী=চাং নাইনা অয়াংবা (থুনা তুমগদবা সাত্ত্বিক ওইবা) চিঞ্জাক চারবা, যত বাক্ কায় মানস=বাঙাং, হকচাং অমসুং পুক্নীংবু লাকশিন্দুনা থম্নবা নিত্যং ধ্যান যোগ পর=মতম পুম্নমক্ক ধ্যান যোগগী অভ্যাস তৌবদা পুক্নীং থিংজিন্নবা বৈরাগ্যং সমুপাশ্রিত=ইহ লোক (লোক অসিগী) অমসুং পরলোক্কী (স্বর্গনচিংবা অতোপ্পা লোক্কী) ভোগশিংগী অপাম্বা থাদোক্লবা ॥ ৫২ ॥ মসিদা নত্তনা— অহংকার=হকচাং ইন্দ্রিয়নচিংবদা "ঐনি হায়বা নাপলবু, বল=সংসারগী পোৎশিংদা অপাম মিৎয়েংনচিংবা তৌনবা মনগী মথৌনাবু দর্প="ঐ অচৌবা শাগৈদা পোকপনি অসিনচিংবা নাপলবু কামং=কন্নিগুম্বা পোৎ অমা ফংনবা নীংববু ক্রোধ=অশাউববু পরিগ্রহম্—অমসুং হকচাং চৎনবা পোৎ নত্তবা অতোপ্পা পোৎ হেনগৎনা খোমজিন্নবু বিমুচ্য=থাদোক্লগা নির্মম=কন্নিগুম্বা পোৎ অমদা ঐগীনি হায়বা বাখল লৈত্রবা শান্ত=য়াম্না তপ্পা লৈবা মহাক অহ্ন, ব্রহ্মভূয়ায় কল্পতে=শংশঙবা থঙবগী মশক ওইবা ব্রহ্মাত্মজ্ঞান ফংহুনা ব্রহ্মগী মশক ওইনা লৈবদা মতীক চায় ॥ ৫৩ ॥

অপুনবা অর্থ — চিংনবা অমসুং ওন তৈনবা লৈত্রবা অশেংবা অমসুং শংশঙনদি থঙত্রিবা ব্রহ্মাত্মজ্ঞান লৈরবা সন্ন্যাসী অমসুং পুক্নী লৈত্তানা থম্বগী মশক ওইবা অখাঙ কননবনা হকচাং অমসুং ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশিন্দুনা থম্নগা খোঞ্জেলনচিংবা (শব্দনচিংবা) ভোগ্য বিষয় মঙাবু থাদোক তুনা অপাম্বা পোৎস্তু মুশিবা অমসুং পাম্নবা পোৎস্তু য়েংথিবা লৈতনা ॥ ৫১ ॥ অচীকপা অমসুং অশেংবা মফমদা লৈরনা চাং নাইনা অয়াংবা চিঞ্জাক চারবা বাঙাং হকচাং অমসুং পুক্নীংবু লাকশিন্দুনা থম্নবা মতম পুম্নমক্ক ধ্যান যোগগী অভ্যাস তৌবদা পুক্নীং থিংজিন্নবা লোক অসিগী অমসুং অতোপ্পা লোক্কী ভোগশিংগী অপাম্বা থাদোক্লবা ॥ ৫২ ॥ মসিদা নত্তনা হকচা ইন্দ্রিয় নচিংবদা ঐনি হায়বা নাপলবু সংসারগী পোৎশিংদা অপাম মিৎয়েং তৌনবা মনগী মথৌনাবু ঐ" অচৌবা শাগৈদা পোকপনি অসিনচিংবা নাপনবু কন্নিগুম্বা অপাম্বা পোৎ অমা ফংনবা নীংববু অশাউববু অমসুং পৈশিন্দুনা থম্বগী বাখল থাদোক্লগা, কন্নিগুম্বা পোৎ অমদা ঐগীনি হায়বা বাখল লৈত্রবা য়াম্না তপ্পা লৈরবা মহাক অহ্ন শংশঙনা থঙবগী মশক ওইবা ব্রহ্মাত্মজ্ঞান ফংহুনা ব্রহ্মগী মশক ওইনা লৈবদা মতীক চায় ॥ ৫৩ ॥

## অথুপ্পা বা

শ্লোক অহুমসিদা শ্রীভগবান্না হায়রিবা বাসি ব্রহ্মগী মশক ওইবা আত্মতত্ত্ববু শংশঙনা উনীং থঙনীংহুনা সন্ন্যাস লৌহুনা সন্ন্যাসী (লম্বোইবা) ওইরবা মীগীদমক্নি। অহুবু হায়রিবা বাসি সাধক পুম্নমক্কীদমক অহানবদা মথক্তা কয়ানক হন্না শ্রীভগবান্না হায়রে। মনম অসিনা কনাগুম্বনা

মক্কমসিদা শ্রীভগবাননা হায়রিবসিদি সন্ন্যাসীশিদমক্তনি ঐখোয়গী মত্তে হায়দুনা লায়থোকপা তৌরোইদবনি। অম্না মথৈ হোংনদুনা হায়রিবা বা পুম্নমকসিবু লৌদুনা আত্মতত্ত্ববু খঙনবা হোংনগদবনি। যুম্বান্দুনা লৈরবদি আত্মতত্ত্ব খঙবা ঙম্মোই হায়না পুক্নী৲দা চিংনরোইদবনি। মমাঙৈঙেদা হৌখিবা অমসু৲ আত্মতত্ত্ববু খঙবা ঋষি অয়াম্বা যুম পান্দুনা লৈরম্বা ঙাক্তনি। সাধু সন্ন্যাসী ওইনা লৈরম্বদি নারদ দুর্বাসা, সনৎকুমারনচি৲বা খরদ৲দনি। মরম অসিনা থরায় য়াওনা হোংনরবদি যুম্বান্দুনা লৈবা মীনম্তু আত্মতত্ত্ববু শ৲শঙনা খঙবা ঙমগনি। মসিগীদমক ধ্যান যোগ থ্বায়দগী মরুওইবা পাম্বনি। অহানবদা আত্মতত্ত্বগী ধ্যান তৌবা ঙমদ্রবস্তু মওঙ লৈবা শ্রীভগবান কৃষ্ণচন্দ্রনচি৲বগী নী খিজবা শক্তম অদুবু পুক্নী দা পুশিন্দুনা ধ্যান তৌনবা অভ্যাস তৌগদবনি। মদুদা পুক্নী৲ লেপ্পা ঙম্লরুবদা মওঙ লৈতবা ব্রহ্মগী মশক ওইবা আত্মতত্ত্বগী ধ্যান তৌনবা হোংনগদবনি। মতৌ অস্নুম্না হোংনরবদি আত্মতত্ত্বগী ধ্যান তৌবত্ত ঙম্লক্কনি। ধ্যানগী মওঙদি নী৲লিবা অদুগী বাখলদা অতোপ্পা বাখল অমা লাকহন্দনা মদুতদা হায়বদি নী৲লিবা অদুতদা কুইনা লৈনবা হোংনবনি। ধ্যান নী৲খিনা তৌবা ঙম্লবদি মদুমক সমাধিগী মশক ওই। মরম অসিনা গরুড়পুরাণদা অস্নুম্না হায়রি—

ধ্যানমেব পবোধর্ম্মো ধ্যানমেব পব৲ তপ ।
ধ্যানমেব পব৲ শৌচং তস্মাদ ধ্যান পবো ভ৲বৎ।

(গরুড় পুরাণ ১। ২৩ । ১ )

"ধ্যাননমক্ত অথোইবা ধর্ম্মনি ধ্যাননমক্ত অথোইবা তপনি ধ্যাননমক্ত অথোইবা নু পান শে৲দোকপনি মরম অসিদগী ধ্যান তৌবদা পুক্নী থি৲জিনগদবনি।" (৫১—৫৩)

করম্না ব্রহ্মজ্ঞান ফ৲বা ঙমগদগে হায়বসিবু তাক্লবা তু৲দা হৌজিক ব্রহ্মজ্ঞান ফ৲লবা মীদুগী ফীবমবু অস্নুম্না তাক্লি—

ব্রহ্মভুত৹ প্রসন্নাত্মা ন শোচতি ন কাংক্ষতি।
সম সর্ব্বেষু ভূতেষু মদ্ভক্তিংলভতে পবাম্ ॥ ৫৪ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা।—** ব্রহ্মভূত =মথক্তা হায়খিবা পুক্নী৲ শে৲বনচি৲বা পাম্বেশি৲না (সাধনশি৲না) মরম ওইদুনা আত্মাগী মরমদা শ্রবণ অমসু৲ মনন ( চি৲নবা লৈতনা তাবা অমসু মদুগী মরমদা খননবা ) তৌরগা হি৲ন হি৲নমক ব্রহ্মগী মশক ওইনা লৈরবা মরম অসিদগী— প্রসন্নাত্মা=পক্নী৲ য়াম্না পেল্লবা মহাত্মা (সন্ন্যাসী) অদুনা ন শোচতি—মাঙ তাকথ্রবা পোৎকী মরমদা বাবা তৌদে অদুগা ন কা৲ক্ষতি=ক৲দ্রিবা পোৎকী ফ৲নী৲বস্তু তৌদে, মহাক্তি সর্ব্বেষু ভূতেষু=অচৎ চত্ত থরায় পানবা পুম্নমকী মফমদা, সম =মশাগা চপ মান্নবা য়ে৲দুনা লৈ (অতোপ্পা জীবগী অরাবদা মশাগী

অরাবা অমসু, মু,ঙাইবদা মশাগী মু,ঙাইবনি থন্নুনা লৈ), অসিগুম্বা মহাক অহুনা—পরা,মভক্তি লভতে=সাক্ষাৎ পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐগী খ্বায়দগী অথোইবা জ্ঞানগী মশক ওইবা সাধ্যভক্তি (পরাভক্তি) বু ফংই। ৫৪ ॥

অপুনবা অর্থ — মথক্তা হায়খিবা পূক্নী শেংবনচিংবা সাধনশিং মা (পাপ্পৈশিংনা) মরম ওইনা আত্মাগী মরমদা শ্রবণ মনন তৌরগা হিংব হিংবমক ব্রহ্মগী মশক ওইনা লৈরগা অমসুং মহুদগী পূক্নীং য়াম্না পেল্লবা সন্ন্যাসী অহুনা মাঙঙ্গবা পোংকী মরমদা ৱাবা তৌদে, অহুগা কংত্রিবা পোংকী ক,নী,বসু তৌদে, মহাক্তি থরায়পানবা পূম্মমক্তী মকমদা মশাগা চপ মান্নবা য়েংহুনা (থন্নুনা) লৈ, অসিগুম্বা মহাক অহনা সাক্ষা, পরমেশ্বর শ্রীকৃষ্ণগী খ্বায়দগী অথোইবা জ্ঞানগী মশক ওইবা সাধ্যভক্তিবু ফংই ॥ ৫৪ ।

অধূপ্পা বা

আত্মাগী মশক ওইবা ব্রহ্মদগী ভাইবঙ পুম্মমকসিবু অতোপ্পা অমা ওইবগুম উরবসু অমসু খঙলবসু অশেংবমক্তি ব্রহ্মদগী অতোপ্পা তাইবঙ নত্তে মঙদা মঙ উৎিবসি আত্মা নত্তনা মরাম উবগী মতৌগুম্না মায়ানা মরম ওইহুনা তাইবঙসি তোপ্পা উবদনি লেপ্লবা মীহুবু ব্রহ্মভূত কৌই। মরম অসিনা স্মৃতি শাস্ত্রদা অস্মুম্না হায়রি—

অত্রাত্মব্যতিরেকেণ দ্বিতীয়ং যো ন পশ্যতি।
ব্রহ্মাভত স এবেহ বেদ শাস্ত্র উদাহৃত ॥

"তাইবঙসিদা মীহুনা আত্মা নত্তবা অনীগুবা পোং অমত্ত উদে, অহুগুম্বা মহাক অহু "ব্রহ্মভূত" ওইবনি (হিংন হিংনমক ব্রহ্ম ওইহুনা লৈবনি) অস্মুম্না বেদ শাস্ত্রনা হায়রি।" মসিবু বেদদা অস্মুম্না হায়রি— "ব্রহ্মবেদ ব্রহ্মৈব ভবতি (মুণ্ড উ ২।২।৯) "ব্রহ্মবু মশামক্তি খঙবা মী ব্রহ্মমক ওই" "ব্রহ্মৈব সন্‌ব্রহ্মাপ্যেতি" (বৃ উ ৪ ।৪।৭) "ব্রহ্মজ্ঞানী হিংব হিংনা ব্রহ্ম ওইহুনা লৈরগা শিবমক্তদা এক্মদা তিল্লী।" অসিগুম্বা ব্রহ্মভূত ওইবা মীসিনা মশাগী মশক ওইবা ব্রহ্ম নত্তবা অতোপ্পা পোং উদ খঙদবদগী ব্যবহারগী করিগুম্বা পোং অমা মাঙখিবদগী ৱাবা অমসুং ক,দবদগী ক,নী,বা তৌদে। শ্রুতিনা হায়রি—

"তত্র কো মোহ ক শোক একত্বমনুপশ্যত"
(শু যজুর্বেদ ৪০।৭)

"ব্রহ্মাত্মজ্ঞান কংলবদা পুম্নমকসিবু অমত্ত ওইনা উরবা মীহুৎগী মিৎৌবা করম্না ওইগনি অমসুং অরাবা করম্না ওইগনি?" পুম্নমকসিবু ব্রহ্মনি হায়রবসিবুদি শ্রুতিনা অসুম্না হায়রি—"ব্রহ্মৈবেদং বিশ্বম্" (মু উ ২।২।১১) "পুম্নমকসি ব্রহ্মমক্তনি।"

মতৌ অসুম্না থরায় পানবা পুম্নমক্কী মকমদা অমত্ত ওইবা আত্মা য়েংবা (উবা) মরমদগী মশামক্কী আত্মাবু অতোপ্পগীসু আত্মানি লেপ্পুৎবা ব্যবহারগী মতমদা অতোপ্পগী রাবদা মশাগী রাবনি অমসুং অতোপ্পগী মুংঙাইবদা মশাগী মুঙাইবনি হায়বা ভাবসি তৌই। অসিগুম্বা মীহুৎবা "অহং ব্রহ্মাস্মি" হায়বদি "ঐ ব্রহ্মনি" অসুম্না ভগবান্দা তিনবগী মশক ওইবা সাধ্য ভক্তিবু ফাই। মসিবু অহাননদসু শ্রীভগবান্না অসুম্না হায়রে—"তেষাং জ্ঞানী নিত্যযুক্ত এক ভক্তির্বিশিষ্যতে" (গীতা ৭।১৭) "আর্ত্তমচিংবা (অরাবা তাহুৎবা লৈবনচিংবা) ভক্ত মথল মরিগী মনুংদা জ্ঞানী ভক্তসি মতম পুম্নমক্তা ধ্যান তৌহুনা ব্রহ্ম অমসুং আত্মাবু অমত্তনি খঙহুনা ভক্তি তৌবা মরমদগী খ্বায়দগী অথোইবা ভক্তনি"।৫৪॥

জ্ঞানীনা সমাধিনা মরম ওইহুনা জ্ঞানগী মশক ওইবা পরাভক্তি ফাই হায়বসিবু মথক্কী শ্লোক্তা তাকখ্রে হৌজিক ভক্তি অহুদগী ফংগদবা মহৈবু তাক্লি—

ভক্ত্যা মামভিজানাতি যাবান্ যশ্চাস্মি তত্ত্বতঃ।
ততো মাং তত্ত্বতো জ্ঞাত্বা বিশতে তদনন্তরম্ ॥৫৫॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — ভক্ত্যা=মথক্তা হায়খিবা জ্ঞানগী মশক ওইবা পরাভক্তিনা মরম ওইহুনা যাবান য চ অস্মি—পরব্রহ্মগী মশক ওইবা কৃষ্ণ ঐ কয়ামুক পাক চাউবগী মওংদা লৈবগে অমসুং অশেংবা মশক্ত করামো হায়বসিবু (মায়াবু উপাধি ওইনা লৌহুনা লৈবা মরমদগী অচং চত্ত তাইবঙ পুম্নদা শীনখুৎনা লৈবনি অমসু উপাধিবু লৌথোক্লবদি অশেংবা ব্রহ্মতত্ত্ব কৃষ্ণ ঐমক্লি হায়বসিবু) তত্ত্বত=তশেংতশেংনা অভিজানাতি—মীহুৎনা নীথিনা খঙই তত মাং তত্ত্বত জ্ঞাত্বা=মতৌ অসুম্না কৃষ্ণ ঐগী অশেংবা মওং অহু খঙলগা অনন্তরম=মহুৎগী তু মক্তদা (হায়বদি প্রারব্ধ কর্ম্ম লোইহুনা হকচাং থাদোকপা মতম মক্তদা) মা বিশতে=জ্ঞানীহু পরব্রহ্মগী মশক ওইবা কৃষ্ণ ঐঙোন্দা তিল্লী।৫৫।

অপুনবা অর্থ — মথক্তা হায়খিবা জ্ঞানগী মশক ওইবা পরাভক্তিনা মরম ওইহুনা পরব্রহ্মগী মশক ওইবা কৃষ্ণসি কয়ামুক পাক চাউবগী মওংদা লৈ অমসুং অশেংবা মশক্তা করামো হায়ব সিবু তশেংতশেংনা মীহুৎবা খঙই, মতৌ অসুম্না কৃষ্ণ ঐবু তশেংতশেংবা মওংদা খঙলগা মহুৎগী মওংমক্তদা মহাক পরব্রহ্মগী মশক ওইবা কৃষ্ণ ঐঙোন্দা তিল্লী ॥৫৫॥

অথূপ্পা বা

মথক্কী শ্লোক্তা হায়খিবা জ্ঞানগী মশক ওইবা পরাভক্তি অদুবু শ্লোকসিদসু শ্রীভগবান্না "ভক্ত্যা" হায়বা ৱাহৈসিনা অমূক হন্না হায়রি। মসিবু সাধ্যভক্তি হায়বসু কৌই। সাধন (পাঙ্গৈ) ওইবা শ্রবণ, কীর্ত্তনচিংবা ভক্তি তৌরগা ফংগদবা ভক্তি অদু সাধ্য ভক্তিনি। "ভজ্যতে—সেব্যতে—ভগবদাকারং অন্তঃ করণং ক্রিয়তে অনযেতি ভক্তিঃ" "মদুনা উপায় ওইদুনা ঐখোয়গী পুক্নীংসিবু শ্রীভগবানগী মওং ওইনা থম্বা য়াবা অদু ভক্তিনি" অস্নুম্না ভক্তিগী অর্থ তৌরবদি মসি সাধন ভক্তিনি। মসিগী মন্নুংদা শ্রবণ কীর্ত্তন পূজা পাঠ ধ্যানচি বা পুম্নমক লাকই। অদুগা— "ভজনং অন্ত করণস্য ভগবদাকারতা রূপং ভক্তি" হায়বদি শ্রীভগবানগী মওং ওইনা লেঙদনা লৈবা মনবু (পুক্নীংবু) ভক্তিনি হায়রবদি মসি জ্ঞানগী মশক ওইবা পরাভক্তি কৌবা সাধ্য ভক্তিনি। মসিবু যোগগী লোন্দ হায়রবদি শংশঙনা থঙবগী মশক ওইবা নির্বিকল্প সমাধিনি। মসিদগী আত্মাসি শ্রীভগবানগী অশেংবা মশক অদুমক্তি হায়বসি খঙবা ঙমই। মরম অসিনা দৈবী মীমাংসাদর্শনদা অস্নুম্না হায়রি— "হৃষ্টৈবতাতো বুদ্ধেশ্চ পর স ভক্তিলভ্য" (সূ ৫) "লেঙলি পাল্লিবা তাইবংসিদগী লাম্হোকপ্রবা অমসু ঐখোয়গী বুদ্ধিনা লাম্বা ক ত্রবা অনীগুবা লৈতবা পরমাত্ম বু জ্ঞানগী মশক ওইবা পরাভক্তিসিনা ফংবা ঙমই।" অদুগা ময়াম ওইনা লেঙলি-পাল্লিবা তাইবং পুম্নসিদি মায়ানা মদুম ওইদুনা উবা ঙাক্তনি অশে বমক্তি অনীগুবা লৈতবা ব্রহ্মগী মশক ওইবা আত্মা মত্তুবা অতোপ্পা পোং অমত্তা লৈতে। মসিবু শ্রুতিনা অস্নুম্না হায়রি— ইন্দ্রো মায়াভি পুরুরূপ ঈয়তে" (বৃ: উ ২।৫।১৯) "পরমাত্মানা মাগী মায়া শক্তিনা (জ্ঞান শক্তি ইচ্ছা শক্তি অমসু ক্রিয়া শক্তিগী মশক ওইবা মায়ানা) মরম ওইদুনা ময়ামগী মশক ওইনা উই।" মরম অসিনা মাগী অশেংবা মশকপু শ্রুতিনা অস্নুম্না তাক্লি— "যত্র নান্যৎ পশ্যতি নান্যৎ শৃণোতি, নান্যৎ বিজানাতি স ভূমা" (ছা উ ৭।২৪। )—"মফমদা কনিগুম্বা অতোপ্পা পোং অমত্তা উদে কনিগুম্বা অতোপ্পা পোং অমা লৈ হায়বা তাদে অমসু কনিগুম্বা অতোপ্পা পোং অমত্তা খঙদে অদুগুম্বা মহাক অদু ভূমানি (শীনথুংবা মতোমদা লৈবা ব্রহ্মনি)। অসিগুম্বা ব্রহ্মসিবু মশামক্তি হায়না শংশঙনা খঙলবা মীদু হিংনহিংবা ব্রহ্মগী মশক ওইনা লৈরগা শিরবা তুংমদা ব্রহ্মদা তিন্দুনা অমত্তা ওইনা লৈ।" মরম অসিনা শ্রুতিনা হায়রি— তস্য তাবদেব চিরং যাবন্ন বিমোক্ষেঽথসম্পৎস্যে" (ছা উ ৬।১৪।২) "ব্রহ্মজ্ঞানী ওইবা মীদুগী প্রারব্ধ কর্ম্ম লোইবা ফাওবদা তাইদুনা লৈ, মদু লোইরমক্তদা মহাক ব্রহ্মদা অমত্ত ওইনা লৈ।৫৫॥

ব্রহ্মাত্মজ্ঞান লৈতনা কৈবল্য মোক্ষ ফংবা য়াদে, অদুগা অন্ত করণ (পুক্নীং) শেংদনা জ্ঞান ফংবা য়াদে, মরম অসিনা পুক্নীং শেংত্রিবা মীনা পুক্নীং শেংনবগীদমক কর্ম্মগী মহৈবু ঈশ্বরদা

কথোক্লগা কর্ম্ম তৌগনা লৈয়বদি শ্রীভগবানগী কৃপাদগী জ্ঞান পোক্লকুনা মোক্ষ ফংবা ভুমগদি চাংয়বসিবু হৌজিক গীতাগী লোইশিনবগী মশক ওইনা অস্তুম্না হায়রি—

সর্ব্বকর্ম্মাণ্যপি সদা কুর্ব্বাণো মদ্ব্যপাশ্রয়ঃ।
মৎপ্রসাদাদবাপ্নোতি শাশ্বতং পদমব্যযম্ ॥ ৫৬ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — সদা=মতম পুম্নমক্ত মদ্ব্যপাশ্রয় =ভগবান বাস্থদেব ঐগোন্দা চংজনা মানা তৌরিবা কর্ম্ম পুম্নমকপু কৃষ্ণ ঐগোন্দা কথোকুনা লৈরবা মীনা, সর্ব্বকর্ম্মাণি কুর্ব্বাণ অপি= নিত্য, নৈমিত্তিক কাম্যকর্ম্ম অমস্থ, ব্যবহারদা চৎনরিবা কর্ম্ম ( থবক ) মসি পুম্নমক তৌগনা লৈয়বস্থ মৎ প্রসাদাৎ= কৃষ্ণ ঐগী কৃপাদগী জ্ঞান ফংনা শাশ্বত=মতম পুম্নমক্ত লেংদনা লৈবা, অব্যয়ং=মমং তাদনা মাংতাকপা লৈতবা, পদ অবাপ্নোতি=মোক্ষগী মশক ওইবা লমথু কমবু ফংই ॥ ৫৬ ॥

**অপুনবা অর্থ** — মতম পুম্নমক্তা ভগবান বাস্থদেব ঐগোন্দা চংজনা মানা তৌরিবা কর্ম্ম ( থবক ) পুম্নমকপু কৃষ্ণ ঐগোন্দা কথোকুনা লৈরবা মীনা নিত্য নৈমিত্তিক কাম্য কর্ম্ম অমস্থ ব্যবহারদা চৎনরিবা থবক মসি, পুম্নমক তৌগনা লৈয়বস্থ কৃষ্ণ ঐগী কৃপাদগী জ্ঞান ফংনা মতম পুম্নমক্ত লেংদনা লৈবা অমস্থ মমং তানা মাংতাকপা লৈতবা মোক্ষগী মশক ওইবা লমথু কমবু ফংই ॥ ৫৬ ॥

## অথুপ্পা বা

মোক্ষবুদ্ধি ফংলী বা অমস্থ অন্তকরণ শেংদবদগী সংসারদা পুক্নী থনা চংজনা লৈবা মরম্না সন্ন্যাস লৌবদি মতীক চাদ্রিবা মীনা শ্রীভগবানগী চরণদা চংজনা ইবুংঙো মহাক নত্তবা মাগী দমক কনা অমত্ত লৈতে লেপ্তুনা মানা তৌরিবা কর্ম্ম পুম্নমকী মহৈবু ইবুংঙো মহোন্দ কৎলগা মাগী ( ভগবানগী ) সেবা তৌবদা পুক্নীং চংনা লৈ। অদুগুম্না মীদুগী অন্তকরণদু ( পুক্নীং দু ) ইবুংঙো মাগী কৃপাদগী য়াম্না থুনা শেংই। মতৌ অস্তুম্না শেংলবা অন্তকরণ অদুদা জ্ঞান পোকুনা মথৈথত্তদা মোক্ষগী মশক ওইবা পন্দুংকম অদুবু মানা ফংই। ঈশ্বরগী কৃপা নত্তনদি কনা অমত্তনা মোক্ষ ফংবা ঙমদে। মোক্ষ ফংনবা মরুওইবা পাম্বৈশিংদি শাস্ত্র কৃপা গুরু কৃপা অমস্থ ঈশ্বর কৃপা অহুমসিনি। উপনিষৎ গীতা অসিনচিংবা শাস্ত্রনা ইরিবা ৱাহৈশিংবু য়াম্না থাজনা তানা অমস্থং মথোয়বু পামদুনা থত্তবসি শাস্ত্র কৃপানি। মদুদা চিংনবা লৈবা পুম্নমকপু গুরুগী ৱাক্তা চত্তুনা হংলগা মাগী কৃপাদগী চিংনবা পুম্নমক কোকপসি গুরু কৃপানি। অদুগা তৌরিবা কর্ম্ম পুম্নমক ঈশ্বরগী চরণদা কথোক্লগা পুক্নীং চঙবা মাগী আরাধনা তৌবদগী জ্ঞান ফংবসি ঈশ্বর কৃপানি। মরম অসিনা মোক্ষ পাম্বা মীনা মোক্ষ শাস্ত্রবু তাদুনা অমস্থ পাদুনা

লৈগদবজি, অদুগা গুরুগী সেবাবুম্ভু তৌদুনা মাবু পেলহল্লগা মঙোন্দা পুক্কীংগী চিংনবা পুম্নমক হায়রগা চিনবা কোকুবা হোংবগদবনি। মসিগা লোয়ন লোয়নমা ঈশ্বরগী কৃপা কংবা ইবুঙো মাবু মীংজদুনা অমম্ভু, ইবুংঙো মঙোন্দা তৌরিবা কর্ম্ম পুম্নমকপু কখোক্লদবনি। মতৌ অম্মুম্না লৈবা মীনা মোক্ষ লায়না কংবা ঙম্মি হায়বসিদা কয়িমত্ত চিংনকম খোক্তে ॥ ৫৬ ॥

হৌজিক করম তৌনা কর্ম্ম তৌদুনা লৈয়গা মোক্ষ পাম্বা মীনা ইবুংঙো মাগী (ভগবানগী) চরণদা চঙজবা ঙমগদগে হায়বদু অম্মুম্না তাক্লি—

চেতসা সর্ব্বকর্ম্মাণি ময়ি সংন্যস্য মৎপরঃ।
বুদ্ধিযোগমুপাশ্রিত্য মচ্চিত্তঃ সততং ভব ॥ ৫৭ ॥

অন্নয় ব্যাখ্যা — চেতসা=পুক্কীনা সর্ব্বকর্ম্মাণি=কর্ম্ম পুম্নমকপু (কৌজিক্কীদমক অমম্ভুং পরলোক্কীদমক তৌরিবা কর্ম্ম পুম্নমকপু), ময়ি সন্যস্য = সাক্ষাৎ পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐঙোন্দা কংখোক্লগা, মৎপর =বাস্মদেব ভগবান ঐহাকপু খ্বায়দগী অখোইবা মুংশিকনি লেপ্তুনা বুদ্ধি যোগ, উপাশ্রিত্য = মক্কম মতম অমম্ভুং পোং পুম্নমক্তা অমত্ত ওইবা শ্রীভগবান লৈরিবনি ভগবান্দগী অতোপ্পা কয়িগুম্বা পোং অমত্ত লৈতে হায়বা জ্ঞানসি তৌদুনা সতত মচ্চিত্ত ব =মতম পুম্নমক্তা কৃষ্ণ ঐঙোন্দা পুক্কী থমদুনা লৈয়ু ॥ ৫৭ ॥

অপুনবা অর্থ ঃ— পুক্কীনা কর্ম্ম পুম্নমকপু সাক্ষাৎ পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐঙোন্দা কখোক্লগা বাস্মদেব ভগবান ঐমক্কবু খ্বায়দগী অখোইবা মুংশিকমনি লেপ্তুনা অদুগা মক্কম মতম অমম্ভু পোং পুম্নমক্তা অমত্ত ওইবা শ্রীভগবান লৈরিবনি, ভগবান্দগী অতোপ্পা কয়িগুম্বা পোং অমত্ত লৈতে হায়বা জ্ঞানসি তৌদুনা মতম পুম্নমক্তা কৃষ্ণ ঐঙোন্দা পুক্কীং থমদুনা লৈয়ু ॥ ৫৭ ॥

## অথুপ্পা বা

কর্ম্ম যোগীনা (মহৈ পামদনা কর্ম্ম তৌদুনা লৈবা মীনা) মতৌ করম তৌনা কর্ম্ম তৌদুনা লৈগদগে হায়বদু শ্রীভগবান্না শ্লোকসিদা তাকই। মসিদা হায়রিবা অম্মুম্না মথক্তমু "যৎ করোষি যদশ্নাসি" (গীতা ৯। ২৭) "নংনা তৌরিবা, নংনা চারিবা" অসিনচিংবা পুম্নমক ইবুংঙো মঙোন্দা কখোক্লুবা মাগী খুয়াদা চঙজৌ হায়গ্রে। মতৌ অম্মুম্না ইবুংঙো মাগী খুয়াদা চঙজদুনা মাগী পেন্নমবগীদমক কর্ম্ম পুম্নমক তৌদুনা লৈরবতদা সংসাদগী লাম্হোক্লুবা অয়ান খুবম কংবা ঙমগদবনি। অশেংবা মীংয়েদা য়েংলবদি ইবুংঙো মঙোন্দগী অতোপ্পা অমা লৈতবনি, ব্যবহারদা উত্নি খঙলিবা পুম্নমকসি ইবুংগো মহাকমক্তনি, সুপ্না মায়াবা মরম ওইদুনা মঙোন্দগী তোপ্পা উবস্তুম তৌবা

ভাক্তনি। মরম অসিবা সংসারগী পোংশি দা অপাম মিহৌ থাদোক্লগা ইবু ঙো মঙোন্দা চঙজহুবা মাবুদা ফংনবা হোৎনগদবনি। মসিবু তাক্নুবা ভাগবত পুরাণদস্থ অসুমা হায়রি—

বাসুদেব পরা বেদা বাসুদেব পরা মখা।
বাসুদেব পরা যোগা বাসুদেব পরা ক্রিয়া ॥
বাসুদেব পরং জ্ঞানং বাসুদেব পরং তপ।
বাসুদেব পরো ধর্ম্মো বাসুদেব পরা গতি ॥

"বেদ পু মক ভগবান বাসুদেববু তাকপদা লোইবনি যজ্ঞ পুম্নমক বাসুদেব ভগবানগী পেন্নবগীদমক্নি যোগ পুম্নমক বাসুদেব কৃষ্ণবু ফংনবগীদমক্নি ক্রিয়া (থবক) পুম্নমক বাসুদেব সেবাগীদমক্তনি পরব্রহ্মগী মশক ওইবা বাসুদেববু খঙনবগীদমক জ্ঞাননি, তপ (তপস্যা) তে নবিবা অসিবু ভগবান বাসুদেবগী কৃপা ফংনবগীদমক্তনি ধর্ম্মপু বাসুদেব ভগবান্দা চঙনব বগীদমক্নি অহুগা বাসুদেব ভগবান হুায়দগী অথোইবা পন্থ ফনি।"

মরম অসিনা ইবু ঙো মাগী খুরাদা চ জবা মত্তুবা সংসারদগী লান্নবা অতোপ্পা উপায় অম লৈতে ॥ ৭ ॥

শ্রীভগবান্দা পুক্নী থিংজিন্দুনা লৈরগা কনি মহে ফংবগে হায়বহ হৌজিক অসুমা তাক্নি—

মচ্চিত্তঃ সর্ব্বদুর্গাণি মৎপ্রসাদাৎ তরিষ্যসি।
অথচেৎ ত্বমহংকারান্ন শ্রোষ্যসি বিনঙ্ক্ষ্যসি। ৫৮ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** ঃ— মচ্চিত্ত = অর্জ্জুন নহাক্না সাক্ষাৎ পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐগোন্দ পুক্নী থিংজিন্দুনা লৈরবদি মৎপ্রসাদাৎ — কৃষ্ণ ঐগী কৃপাদগী সর্ব্বদুর্গাণি তরিষ্যসি = লাস্হোকপদা য়াম্না রানা থোকপা সংসারগী অরা অনা পুম্নমকপু নংনা লায়না লাস্হোকপা ঙমগনি অথচেত্বম = অদুবু কনিগুম্বা নহাক্না (অর্জ্জুনা), অহ কারাৎ = নশামকপু য়াম্না লৌশিং শিং বনি হায়না নাপল তৌদুনা, ন শ্রোষ্যসি = কৃষ্ণ ঐনা হায়রিবা রাসিবু তাদ্রবদি হায়বদি কৃষ্ণ এনা হায়বা মতুং ইন্না চত্রবদি, বিনঙ্ক্ষ্যসি = অরেম্বদা মাংহুনা তোকনি (সংসারদগী লাস্হোকপা ঙমদহুনা মোক্ষ ফংবা ঙম্লোই) । ৫৮ ॥

**অপুনবা অর্থ** ঃ— অর্জ্জুন নহাক্না সাক্ষাৎ পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐগোন্দ পুক্নী থিংজিন্দুনা লৈরবদি কৃষ্ণ ঐগী কৃপাদগী লাস্হোকপদা য়াম্না রানা থোকপা সংসারগী অরানা পুম্নমকপু নংনা লায়না

লাম্বোকপা ওইগনি, অদুবু করিগুম্বা নঙ্না নশাবকপু য়াম্না লৌশিং শিংবনি হায়বা নাপল তৌদুনা কৃষ্ণ ঐবা হায়বা বাবু ভাঙ্গবদি অরেম্বদা মাওদুনা তোকনি । ৫৮ ॥

## অথুম্বা বা

শ্রীভগবান্না শ্লোকসিদা হায়রিবা বাসি সূপ্না অর্জ্জুনগীদমক্তা নত্তে ইবুংঙো মাবু মী অদুনা লৈরিবা মী পুম্নমক্কীদমক্তি। মরম অসিনা ইবুংঙো মাবু কগে লেপ্পা মীনা ইবুংঙো মাগী পাওতাক অসিগী মতুং ইন্না লমচৎ চৎনবা হোৎনগদবনি মদুগুনা ইবুংঙো মাবু কংবা ওইগনি নত্রবদি অরেম্বদা সংসারসিদা মথল খা অয়াম্বা মপোক কদুনা ওইথৈ লৈগবা মতমগীদমক কোয়দুনা লৈবা শোয়দবনি ॥ ৫৮ ॥

হৌজিক অর্জ্জুনা লাল তৌরোই হায়না লেপ্পুনা লৈরিবদু ওইথোক্কবনি তাক্লুনা অস্মুম্না হায়রি—

যদহ কাবমাশ্রিত্য ন যোৎস্য ইতি মন্যসে।
মিথ্যৈষ ব্যবসায়স্তে প্রকৃতিস্ত্বাং নিয়োক্ষ্যতি ॥ ৫৯ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — অহংকার আশ্রিত্য—অর্জ্জুন ঐদি য়াম্না ধার্ম্মিক ওইবা, (ধর্ম্ম লৈবা) মীনি ঐনা লানদা গুরুনচিববু কয়ম্না হাৎকনি অসিনচিংবা থল্লগা ধার্ম্মিক ওইবগী নাপল তৌদুনা ন যোৎস্য ইতি—ঐ লাল তৌরোই (শোকুরোই) যৎ মন্যসে—অস্মুম্না নীংলি তে এষ ব্যবসায় =নহাক্কী অস্মুম্না পুক্নীংদা লেপ্লিবদু মিথ্যা—অরেম্বদ শোযদনা তাগনি, মরমদি—প্রকৃতি =ক্ষত্রিয় ওইব নহাক্কী স্বভাব (রজোগুণনদগী ওইবা হৌবাশা) অদুনা ত্বাং নিয়োক্ষ্যতি =নহাকপু লাল তৌবদা শোয়দনা ইনশিনগনি । ৫৯ ॥

অপুনবা অর্থ •— অর্জ্জুন ঐদি য়াম্না ধর্ম্ম লৈবা মীনি, মরম অসিনা ঐনা লানদা গুরুনচিববু কয়ম্না হাৎকনি অসিনচিবা থল্লগা ধার্ম্মিক ওইবগী নাপল তৌদুনা লাল শোকুরোই অস্মুম্না নংনা নীংলি অদুবু নহাক্কী অস্মুম্না পুক্নীংদা লেপ্লিবদু অরেম্বদা তাদুনা তোকনি মরমদি ক্ষত্রিয় ওইবা নহাক্কী স্বভাব অদু। নহাকপু লাল তৌবদা শোয়দনা ইনশিনগনি ॥ ৫৯ ॥

থরায় পানবা পুমমক পোকপদগী হৌনশা ওইনা কংবা স্বভাব অদুনা মরম ওইদুনা তৌবা থবকপু হৌজিক অস্মুম্না হায়রি—

স্বভাবজেন কৌন্তেয়নিবদ্ধঃ স্বেন কর্ম্মণা।
কর্ত্তুং নেচ্ছসি যন্মোহাৎ করিষ্যস্যবশোঽপি তৎ। ৬ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা •—কৌন্তেয়=কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন। মোহাৎ=তৌকম খঙদদুনা শেন্নরবা খঙবা মরমদগী, য কর্ত্তুং ন ইচ্ছসি—যংগী নথো ওইবা লান্দুবু নঙনা তৌবা পামদে তৎ=লাল

অহংমক্তবু, স্বেন স্বভাবজেন কর্ম্মণা নিবদ্ধ = নশাগী ক্ষত্রিয় ওইবা স্বভাবতগী পোকপা কর্ম্মগী মখা পোন্দুনা অবশ অপি করিষ্যসি = ননী, তম্বা চমত্রবা নহাক্না শোয়দনা তৌগনি ।৬০ ॥

অপুনবা অর্থ :— কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন। তৌকম খঙদহনা শেরান্নবা খঙবা নরমদগী নংগী নথৌ ওইবা ওইবা লাম্দুবু নংনা তৌবা পামদে লাল অহংমক্তবু নশাগী ক্ষত্রিয় ওইবা স্বভাবতগী পোকপা কর্ম্মগী মখা পোন্দনা ননী, তম্বা চমত্রবা নহাক্না শোয়দনা তৌগনি ॥৬০ ॥

মতৌ অম্নুম্না থরায় পানবশিংগী থবকশিং স্বভাবকী মখা পোনবনি তারুগা হৌজিক ঈশ্বরগী মখা পোনববুস্থ অম্নুম্না হায়ব্রি—

ঈশ্বব সর্ব্বভতানাং হৃদ্দেশেঽর্জ্জুন তিষ্ঠতি।
ভ্রামযন্ সর্ব্বভূতানি যন্ত্রারূঢ়ানি মাযযা ॥ ৬১।

অন্বয় ব্যাখ্যা :— অর্জ্জুন = পুক্নীং শেংলবা হে ধনঞ্জয়! ঈশ্বর = পূম্নমকী মথক্তা ও কপিশেনবি (শাসন) তৌহনা লৈরিবা নারায়ণ ভগবান যন্ত্ররূঢ়ানি (ইব) = মায়াবীনা (মায়া তৌবা মীনা) জগোয়নচিংবা শাহনগে হায়বগীদমক যন্ত্রগী মথক্তা থাঙ্গত্তবা থম্বা উনা শাবা হংগী মীনচিংববু লননা ফাজিন্দুনা কোইচংচঙ্ গুনা লৈহনবগী মতৌগুম্না সর্ব্বভূতানি = থরায় পানবা পূম্নমকশিংবু, মায়য়া ভ্রাময়ন — মাগী (ঈশ্বরগী) হায়চমদবা তৌবা ঙম্বা মায়া শক্তিনা মরম ওইহনা কোয়চং চংহন্দুনা থম্নগা সর্ব্বভূতানাং হৃদ্দেশে তিষ্ঠতি — থরায় পানবা পূম্নমকী থম্মোয়দা লৈ ।৬১ ॥

অপূনবা অর্থ — পুক্নী শেংলবা হে ধনঞ্জয়। পূম্নমকী মথক্তা শাসন তৌহনা লৈরিবা নারায়ণ ভগবান্না, মায়া তৌবা মীনা জগোয়নচিংবা শাহনগে হায়বগীদমক যন্ত্রগী মথক্তা থাঙ্গগুনা থম্বা উনা, শাবা হংগী মীনচিবনু (লাইফদিবীনচি ববু) লননা ফাজিন্দুনা কোয়চং-চঙ্গুনা লৈহনবগী মতৌগুম্না থরায় পানবা পূম্নমকসিবু মায়া শক্তিনা মরম ওইনা কোয়চং চংহন্দুনা থম্নগা থরায় পানবা পূম্নমকী থম্মোয়দা লৈ ॥ ৬১ ॥

### অথূপ্পা বা

শ্লোকসিদা শ্রীভগবান্না "অর্জ্জুন।" হায়না কৌহনা ঈশ্বরগী তৌবা ঙম্বা মতীক মগুণবু তাক্লি— মসিদা অথূপ্পা রাদি "অর্জ্জুন" হাংকেসিগী অর্থহনি। বেদদা হায়খি— অহশ্চ কৃষ্ণমহরর্জ্জুনঞ্চ" (ঋগ্বেদ সংহিতা ৬ । ৯ । ১) শেংদবা ফত্তবা নুমিৎস্থ লৈ অদুগা অশেংবা (অকবা) নুমিৎস্থ লৈ। মসিদা "অর্জ্জুনগী" অর্থ অশেংবনি। মরম অসিনা শ্লোকসিদস্থ "অর্জ্জুন" কৌবদগী অর্জ্জুনবু (ধনঞ্জয়বু) পুক্নীং শেংবা মরম্না থরায় পানবা পূম্নমকী থম্মোয়দা লৈবা ঈশ্বর, নহাকপু নীংখিনা খঙবা তমগনি হায়বসি উৎলি। অদুগা ঈশ্বর থরায় পানবা পূম্নমকী থম্মোয়দ। অন্তর্যামী ওইহনা লৈ হায়বসুস্থ শ্রুতিনা অম্নুম্ন তাকই —

"যঃ সর্ব্বেষু ভূতেষু তিষ্ঠন্ সর্ব্বেভ্যো ভূতেভ্যোঽন্তর,
যং সর্ব্বাণি ভূতানি বিদুর্যস্য সর্ব্বাণি ভূতানি শরীরং
যঃ সর্ব্বাণি ভূতান্যন্তরো যময়ত্যেষ ত আত্মাঽন্তর্যাম্যমৃত ।"

(বৃ উ ৩।৭।১৫)

"মহাক (ঈশ্বর) অহ অচৎচত্ত ভাইবঙপানবা পুম্নমক্ত লৈহৌবা ভাইবঙপানবা পুম্নমকা মহুদা লৈ, মহাকপু খরায় পানবা পুম্নমক্তা খঙদে, ভাইবঙ পুম্নমকসি মহাকী হকচাং নি, মহাক্না খরায় পানবা পুম্নমকপু মুংদা লাকশিন্দুনা থমই মসিগুম্বা ঈশ্বরসি মহাকী (সাধকী) আত্মানি অন্তর্যামীনি অমসু, অমৃতনি।"

মরম অসিনা খরায় পানবা পুম্নমকসিবু ঈশ্বরনা মাগী শাহংমদবা মায়া শক্তিগী মত্তে লোইহৌনা খোইদুনা লৈবনি। মাগী ইচ্ছা নত্তনা কনাগুম্বা অমত্ত মনী, তম্না খবক তৌব ঙমদে তৌরিবা পুম্নমক ঈশ্বরগী মখা পোনবনি। মরম অসিনা শ্রুতিনা হায়রি— "নাহং কর্ত্তেশ্বর কর্ত্তা" (অক্ষি উ ২৬) "ঐদি অতোবা মত্তে, অতোবদি (কর্ত্তানি) ঈশ্বরনি ॥ ৬১ ॥

মতৌ অসুম্না খরায় পানবা পুম্নমক ঈশ্বরগী মখা পোন্দুনা মানা (ঈশ্বরনা) তৌহল্লুনা লৈরবদি মীনা তৌগীবা তৌবা ওঙদবা মরমদগী মোক্ষ শাস্ত্রনচিংবা ধর্ম্মগী লাইরিক পুম্নমক অরেম্বদ ভারগনি হায়না চিংনরবদা মসিগী পাউখুম ওইনা শ্রীভগবান্না অসুম্না হায়রি—

তমেব শরণং গচ্ছ সর্ব্বভাবেন ভারত।
তৎপ্রসাদাৎ পরাং শান্তিং স্থানং প্রাপ্স্যসি শাশ্বতম্ ॥ ৬২ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা**:— ভারত= ভরত নিংথৌগী শাগৈদা পোকপা হে অর্জুন। তম এব = খরায় পানবা পুম্নমকী থম্মোয়দা লৈবা ঈশ্বর অহুমক্তবু, সর্ব্বভাবেন — খরায় পুক্নীং, হাঁহ অমসু হকচাং পুম্নমক তিন্দুনা অমত্ত ওইনা শরণং গচ্ছ = চত্তজহুনা লৈযু তৎপ্রসাদাৎ — ইবুংঙো মাগী কৃপাদগী (থৌজাল্দগী), পরাং শান্তি — অবিদ্যা (অজ্ঞান) মাংবগী মতক ওইবা অথোইবা শান্তিবু শাশ্বতং চ স্থানম — মতম পুম্নমক্তা মাংবা লৈতবা বিষ্ণু পদগী মতক ওইবা মোক্ষবু প্রাপ্স্যসি — মংনা পোয়দমা ফংগনি ॥ ৬২ ॥

**অপুনবা অর্থ**:— ভরত নিংথৌগী শাগৈদা পোকপা হে অর্জুন। খরায় পানবা পুম্নমকী থম্মোয়দা লৈবা ঈশ্বর অহুমক্তবু খরায় পুক্নীং, হাঁহ অমসুং হকচাং, পুম্নমক তিন্দুনা অমত্ত ওইনা চত্তজহুনা লৈযু, ইবুংঙো মাগী কৃপাদগী অজ্ঞান মাংবগী মতক ওইবা অথোইবা শান্তিং অমসুং মতম পুম্নমক্তা মাংবা লৈতবা বিষ্ণু পদগী মতক ওইবা মোক্ষবু মংনা পোয়দমা ফংগনি ৬২ ॥

হৌখিক গীতাদা হায়খিবা বা পূর্ণমকপু লোইশিন্দুনা শ্রীভগবান্না অসুম্না হায়রি —

ইতি তে জ্ঞানমাখ্যাতং গুহ্যাদ্ গুহ্যতরং ময়া।
বিমৃশ্যৈতদশেষেণ যথেচ্ছসি তথা কুরু ॥ ৬৩ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — ইতি=মতৌ অসুম্না ময়া=সাক্ষাৎ পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐনা গুহ্যাৎ গুহ্যতরম= থুপ্পশি দগী থোইদোক্লা থুপ্পবা জ্ঞানম—মোক্ষগী অথোইবা সাধন ( পাশৈ ) ওইবা আত্মজ্ঞানবু তে অখ্যাতম= অর্জুন নহাক্তোদমক নী খিবা হায়রে এতৎ অশেষেণ বিমৃশ্য=অসিবু ( কৃষ্ণ ঐনা হায়খিবা জ্ঞানগী বাসিবু ) চিথবা লৈতনা ( লেমহৌবা লৈতনা ) বিচার তৌরগা যথা ইচ্ছসি=নহা অদুম্না পামই তথা কুরু=মদুম্না তৌ ( নহা পাম্না অদু তৌ ) ॥ ৬৩ ॥

অপূনবা অর্থ — মতৌ অসুম্না কৃষ্ণ ঐনা থুপ্পশি দগীসু থোইদোক্লা থুপ্পবা আত্মজ্ঞানগী ময়মদা নহাক্তী ( অর্জুনগী ) দমক নী খিবা হায়রে, মসিবু চিথবা লৈতনা বিচার তৌরগা নওনা তৌনীংবা অপাম্বদু তৌ ॥ ৬৩ ॥

অথপ্পা বা

গীতা শাস্ত্রসিদা শ্রীভগবান্না অধিকারীশিংগী ( মোক্ষ পাম্বশিংগী ) মতীক চাবা চানবা থেরবদগী মথোর পুন্নমক্তী কান্নবগীদমক মোক্ষগী সাধন ওইবা ( মোক্ষ ফংবা পাশৈ ওইবা ) কর্মযোগ ভক্তিযোগ অমসুং জ্ঞান যোগ অহুম অসিবু তাকই। মোক্ষবুদি ফংনীংবা অমসুং অন্তঃকরণদি ( পুক্নীংদি ) শেংনবা মীংগীদমক মহৈ পামদনা ঈশ্বরদা কংথোক্তুনা কর্ম তৌবগী মশক ওইবা কর্মযোগ পুক্নীং শেংনবগীদমক্তি। অদুগা পুক্নীং শেংলবসু পুক্নীং যাম্না চোইনা লৈবা কান্নিবগীদমক ভক্তি যোগদি অমসুং জ্ঞান যোগসিদি শংশংনা মোক্ষ ফংনবগী সাধননি (পাশৈনি)। মতুদা মহৈ পামদনা কর্ম তৌবগী মশক ওইবা কর্মযোগদগী পাপ কোকথিদুনা পুক্নীং শেংই হায়বসি যাম্না থুপ্পা বা অমনি। অদুগা ব্রহ্ম অমসু আত্মাবু অমত্ত ওইনা খঙবগী মশক ওইবা জ্ঞান যোগসিদি যাম্না থুপ্পা কর্মযোগ অদুদগীসু থোইনা হেন্না থুপ্পা অমনি। মরম অসিনা শ্রীভগবান্না "গুহ্যাৎ গুহ্যতরং" অসুম্না জ্ঞানগী মরমদা হায়রি। মতৌ অসুম্না শ্রীভগবান্না হায়রিবা ব্রহ্ম অমসুং আত্মাগী অমত্ত ওইবা খঙবগী মশক ওইবা জ্ঞানসি লৈতনা কনা অমত্তনা মোক্ষ ফংবা ঙমদে। মরম অসিনা শ্রুতিনা লাউথনা হায়রি—

যদা চর্ম্মবদাকাশং বেষ্টয়িষ্যন্তি মানবাঃ।
তদা দেবমবিজ্ঞায় দুঃখস্যান্তো ভবিষ্যতি॥
( শ্বেত উ ৬।২ )

"মতম অহুদা মীওইবশিংদা আকাশনু (অতিয়াবু) শউবগী মতৌগুম্না কোমশিন্দুনা থম্বা ওমগনি অহুগুম্বা মতমহুদা মশা মতোমদা চান্দুনা লৈবা আত্মদেবসিবু খঙহুনা অরাবগী অয়োইবা ওইবা য়াগনি (অরাবগী মশক ওইবা সংসারদগী লান্থোক্নুনা মোক্ষ ফংবা ঙমগনি)।" অহুবু আকাশবু কোমশিন্দুনা থম্বসিদি মতম অহুমক্ত ওইথোক্কবনি। মরম অসিনা আত্মজ্ঞান ফংদনা (লৈতনা) মোক্ষ ফংবম্ব ওইথোক্কবনি। হায়রিবা আত্মজ্ঞানসিবুদি শ্রীভগবানা গীতা শাস্ত্রসিদা নীংথিনা তাক্লি। অসিগুম্বা জ্ঞানসিবু ফংনীংবা মীনা পুক্নীং চঙনা শোয়দনা গীতা শাস্ত্রবু বিচার তৌহনা লৈগদবনি।৬৩॥

মথক্কী শ্লোক্তা কর্ম্মযোগদগী জ্ঞানযোগসি থোইনা হেন্না থুপ্পনি হায়বসি তাকপ্রে। হৌজিক সাধন ভক্তি তৌহনা সাধ্যভক্তি ফংবগী মশক ওইবা ভক্তিযোগসি খ্বায়দগী থোইদোক হেন্দোক্লা থুপ্পনি হায়বসি তাকে হায়বগীদমক শ্রীভগবানা অমুক্না হায়বা হৌই—

সর্ব্বগুহ্যতমং ভুয়ঃ শৃণু মে পরমং বচঃ।
ইষ্টোঽসি মে দৃঢ়মিতি ততো বক্ষ্যামি তে হিতম্॥ ৬৪॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — সর্ব্বগুহ্যতম = খ্বায়দগী থোইদোক হেন্দোক্লা থুপ্পবা, মে পরমং বচ = কৃষ্ণ ঐনা হায়গদৌরিবা অথোইবা ৱাসিবু ভূয় শৃণু=অর্জ্জুন ননা অমুক হন্না তাও, মে দৃঢ়ং ইষ্ট. অসি=নহাকসি কৃষ্ণ ঐগী চেৎনা নুংশিবা অমনি, ইতি তত = মরম অসিদগী তে হিতং বক্ষ্যামি—নহাক্কী কান্নবগীদমক হায়গে॥ ৬৪॥

অপুনবা অর্থ —খ্বায়দগী থোইদোক হেন্দোক্লা থুপ্পবা অমন্তং পুম্নমক্কী অথোইবা কৃষ্ণ ঐগী ৱাবু অমুক হন্না নংনা তাও, নহাকসি কৃষ্ণ ঐগী য়াম্না চেৎনা নুংশিবা অমনি, মরম অসিদগী নহাক্কী কান্নবগীদমক হায়গে॥ ৬৪॥

খ্বায়দগী থোইদোক হেন্দোক্লা অথুপ্পা করিনো হায়বহ হৌজিক ভগবানা অমুক্না তাক্লি—

মন্মনা ভব মদ্ভক্তো মদ্যাজী মাং নমস্কুরু।
মামেবৈষ্যসি সত্যং তে প্রতিজানে প্রিয়োঽসি মে॥ ৬৫॥

অন্বয় ব্যাখ্যা :— মন্মনা ভব — অর্জ্জুন নহাক্কী মন (পুক্নীং) অহুবু কৃষ্ণ ঐগী মওঙ লৌহন্দুনা থম্বা ওইনা লৈমু মহু তৌবা ঙম্বগীদমক, মদ্ভক্ত =কৃষ্ণ ঐবু য়াম্না নুংশিনা ভৌবা ভক্ত অমা ওইবু মদযাজী = কৃষ্ণ ঐগী পেন্নবগীদমক মতম পুম্নমক্তা পূজানচিংবা তৌহন্না লৈবা ওইয়ু মাং নমস্কুরু=পুক্নী হকচা অমম্নং ৱাইহনা কৃষ্ণ ঐবু খুরুমজৌ মতৌ অমুম্না তৌহনা লৈয়বদি, মাং এব এষসি = নহাক্না (অর্জ্জুনা) জ্ঞান ফংদুনা সাক্ষাৎ পরব্রহ্মগী মশক ওইবা কৃষ্ণ ঐমক্তবু ফংগনি (ঐঙোন্দা তিন্দুনা লৈবগী মশক ওইবা মোক্ষ ফংগনি), তে সত্যং প্রতিজানে=নহাক্কীদমক কৃষ্ণ ঐনা ৱাশক্নুনা অচুম্বা ৱা হায়রিবনি, মরমদি— মে প্রিয় অসি —নহাক কৃষ্ণ ঐগী য়াম্না নুংশিবা অমনি॥ ৬৫॥

অপুনবা অর্থ — অর্জুন নহাকী পুক্নী, (মন) অহ্ন কৃষ্ণ ঐগী মওঙ লৌহন্দুনা লৈয়ু মহ্নগীদমক কৃষ্ণ ঐবু নুংশিবা ভক্ত অমা ওইয়ু কৃষ্ণ ঐগী পেন্নবগীদমক পূজাশচিংবা তৌহ্নবা লৈবা ওইয়ু, পুক্নীং হকচাং অমসুং রাইহনা কৃষ্ণ ঐবু খরুমজো মতৌ অসুম্না তৌহ্নবা লৈরবদি নহাক্না জ্ঞান ফংহ্নবা সাক্ষাৎ পরব্রহ্মগী মশক ওইবা কৃষ্ণ ঐমক্তবু ফ গনি নহাকীদমক কৃষ্ণ ঐনা বাশক্নবা অচুম্বা বাসি হায়রিবনি মরমদি নহাক কৃষ্ণ ঐগী যাম্না নুংশিবা অমনি ॥ ৬৫ ॥

অথুপ্পা বা

শ্লোকসিদা শ্রীভগবান্না "মম্মনা ভব"— (পুক্নীংবু কৃষ্ণ ঐগী মওঙ লৌহন্দুনা থম্বা ওইনা লৈয়ু) হায়বসিনা সাধ্য ভক্তি তৌহ্নবা লৈয়ু তাকপনি অহ্নগা "মদ্ভক্ত" দনী হৌহ্নবা "মাং নমস্কুরু" কাওবদা মহ্ন সাধ্য ভক্তিহ্ন) ফংনবা সাধন ভক্তি তৌগদবনি হায়বসি তাকপনি। সাধ্য ভক্তি অমসুং সাধন ভক্তি কবিনো হায়বসিবুদি অধ্যায়সিগী ৫৫ শুবা শ্লোকী অথুপ্পা রাদা য়েংবি গদবনি। অহ্নগা মফমসিদা শ্রীভগবান্না হায়রিবসি সুপ্পা অর্জুনগীদমক্তা নত্তে, ইবুঙো মাবু ফংনবা মোক্ষ পাম্বা মী পুম্নমক্কীনি। সাধ্য ভক্তিবু ফ ননবা অহানবদা সাধন ভক্তি শোয়দনা তৌহ্নবা লৈগদবনি অমসু মহ্নগা লোয়ন লোয়ননা সাধ্য ভক্তি ফ ননবা ধ্যান যোগগী অভ্যাসবুসু নিয়ম নাইনা তৌহ্নবা লৈগদবনি। অহ্নগা শ্লোকসিদা হায়রিবা সাধন ভক্তিশিংগী মনুংদা শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণদা হায়বা নবধাভক্তিবুসু (মথল মপানগী ভক্তিবুসু) লৌগদবনি। মহ্নদি—

শ্রবণং কীর্ত্তনং বিষ্ণোঃস্মরণং পাদসেবনম্।
অর্চ্চনং বন্দনং দাস্যং সখ্যমাত্মনিবেদনম্।
(ভা ৭ | ৫ | ২৩)

১। শ্রবণ— (শ্রীভগবান বিষ্ণুগী গুণ লীলানচি বগী রাম্নীবু থবায় য়াওনা তাবা)
২। কীর্ত্তন— (ইবুংঙো মাগী নাম অমসুং গুণশিংবু প্রেমগা লোয়ননা শক শোনবা)
৩। স্মরণ— (ইবু ঙো মাগী নীংথিজবা মশক মওও মিং নচিংববু নীংশিংজবা)
৪। পাদসেবন— (ইবুংঙো মাগী চরণ সেবাবু ভাব না তৌবা),
৫। অর্চ্চন— (অওম্বা।লৈশু ওইনা পোংনা ইবু ঙো মাগী পুজা তৌবা)
৬। বন্দন— (য়াম্না থাজবা অমসুং প্রেমগা লোয়ননা ইবুংঙো মাবু খুরুমজবা)
৭। দাস্য— (মশামকপু ইবুংঙো মাগী মীনাইনি থন্দুনা সেবা তৌবা),
৮। সখ্য— (ইবু ঙো মাগী মফমদা মরূপ মপাংগী মতৌগুম্না য়াম্না নুংশিজবা) অমসুং
৯। আত্মনিবেদন – (মশামকপু ইবুংঙো মাগী শ্রীচরণদা কথোকচবা)।

মথল মাপনগী সাধন ভক্তিসিনু মথধা ভক্তি কৌই। মসিগী মরমদা ওগায়না থওবিরী্বা মীদা "ভক্তিগী লম্বী" কৌবা লাইথ্রিকপু য়েংবিগদবনি। মতৌ অসুম্না হায়রিবা সাধন ভক্তিসি তৌদুনা সাধ্যভক্তি ফংলবা মীদা য়াম্না লায়না শ্রীভগবাননু ফংবা ঙমগদবনি। সুপ্না সাধন ভক্তি তৌবতদা পেন্থোক্নুনা লৈরোইদবনি। সাধন ভক্তিসি সাধ্যভক্তি ফংনবা উপায়নি (পাম্বৈনি) থন্নুনা মহু (সাধনভক্তিহু) তৌবগা লোয়ননা ইবুংঙো মাগী নীংথিজবা শক্লমনুম্ব থম্মোয়দা (পুক্নী দা) থম্বগী মশক ওইবা ধ্যান তৌবগী অভ্যাস তৌদুনা সাধ্যভক্তি ফংনবা কন্না হোৎনদুনা লেগদবনি।

সাধ্য ভক্তিসিদগী ইবুংঙো মানু য়াম্না লায়না ফংই হায়বসিনু উদ্ধবকী মকমদা মশামক্না অসুম্না হায়রি—

> ন সাধয়তি মাং যোগো, ন সাংখ্যং ধর্ম্ম উদ্ধব।
> ন স্বাধ্যায়স্তপস্ত্যাগো যথা ভক্তির্মমোর্জ্জিতা॥
> (ভাগ ১। ৪।২)

"হে উদ্ধব। কৃষ্ণ ঐনু ফংহনবদা ঐগী (কৃষ্ণগী) ইফমদা হৈবা অশেংবা ভক্তিগী (সাধ্য ভক্তিগী মতৌপুম্না যোগ, সাংখ্য, ধর্ম্ম স্বাধ্যায় (বেদ তম্বা) তপ অমসুং দান তৌবনা ওইবা য়াদে।"

> তস্মাৎ সর্ব্বাত্মনা তাত নিগৃহ্য মনো ধিয়া।
> ময্যাবেশিতয়া যুক্ত এতাবান্ যোগ সংগ্রহ॥
> (ভা ১১।২৩।৬১)

"মরম অসিদগী হে নুংশিরবা উদ্ধব। কৃষ্ণ ঐঙোন্দা পুক্নীং চংহন্দুনা মনু ফাজিন্দুনা থম্বা হোৎনৌ যোগগী অথোইবা বাশিংনু থোমজিন্দুনা শম্না নঙোন্দা তাক্লবনি।"

মরম অসিনা ইবুংঙো নানু ফংনীংবা অমসুং অশেংবা মওংদা থওনীংবা মীনা শোয়দনমক সাধন ভক্তি তৌদুনা সাধ্য ভক্তি ফংনবা মতম পুম্নমক্তা কন্না হোৎনগদবনি। ৬৫॥

শ্লোক ৬১ অমসুং ৬২ তবদা ঈশ্বরদি থরায় পানবা পুম্নমকী থম্মোয়দা লৈ মঙোন্দা চংজৌ হায়খিবা অহৌদা করম্না চংজবা হৌনৈ হায়বহু হৌজিক তাক্লি—

> সর্ব্বধর্ম্মান্ পরিত্যজ্য মামেকং শরণং ব্রজ।
> অহংত্বা সর্ব্বপাপেভ্যো মোক্ষয়িষ্যামি মা শুচঃ॥ ৬৬॥

অন্বয় ব্যাখ্যা।— সর্ব্বধর্ম্মান পরিত্যজ্য = ধর্ম্ম পুম্নমকপু হায়বদি তেঙোন তোঙানা থাই দোক্না লৈরিবা বর্ণ ধর্ম্ম আশ্রম ধর্ম্ম অমসুং পুম্নমকীদমক চন্না চংনরিবা ধর্ম্ম, মসি পুম্নমকপু

পূমথা থাদোক্লগা মাম একং শরণ, ব্রজ=মকম পূম্নমক্তা শীনথুংনা লৈহুনা থরায় পানবা পূম্নমক্কী অমত্ত ওইবা আত্মা কৃষ্ণ ঐনক্তগী ইকমদা চঙজহুনা লাকউ মত্তৌ অম্মুম্না তৌরবদি— অহং= পূম্নমক্কী মপু ওইনা লৈবা সাক্ষাৎ পরব্রহ্ম কৃষ্ণ ঐনা ত্বা=কৃষ্ণ ঐঙোন্দা চংজবক্লিবা নহাকপু (অর্জুনবু), সর্ব্বপাপেভ্য মোক্ষয়িষ্যামি=ধর্ম্ম অমম্ভ অধর্ম্মগী মশক ওইবা পুণ্য অমম্ভ পাপ পূম্নমক্তগী নাম্থোকহনগনি (জ্ঞান ফংহন্দুনা পাপ অমম্ভ পুণ্য লৈতবগী মশক ওইবা কৃষ্ণ ঐঙোন্দা তিন্নবগী মওং ওইবা কৈবল্য মোক্ষ ফংহনগনি) মা শুচ = মরম অসিনা নহাক্লা করিমত্তা রাগনু। ৬৬॥

অপুনবা অর্থ ঃ— ধর্ম্ম পূম্নমকপু হায়বদি বর্ণ ধর্ম্ম আশ্রম ধর্ম্ম অমম্ভ পূম্নমক্কী ওইবা অচম্বা ধর্ম্ম মসি পূম্নমক থাদোক্লগা থরায় পানবা পূম্নমক্কী আত্মা ওইবা কৃষ্ণ ঐগী ইকমদা চঙজহুনা লাকউ, অম্মুম্না তৌরবদি কৃষ্ণ ঐনা নহাকপু (অর্জুনবু) পাপ পূম্নমক্তগী নাম্থোক হনগনি মরম অসিনা নহাক করিমত্তা রাগনু॥ ৬৬।

অথুপ্পা বা

শ্লোক অসি গীতা শাস্ত্রগী থ্বাযদগী অথোইবা অমম্ভ, অরোইবা শ্রীভগবানগী উপদেশনি (পাউত্তাক্লি)। মসিদা অক ফত্ত ধর্ম্ম পূম্নমকপু থাদোক্লুনা ইবুঙো মাগী চরণদা চঙজৌ মহুদগী অশেবা আত্মজ্ঞান ফংহুনা ইবুঙো মঙোন্দা তিন্দুনা লৈবগী মশক ওইবা কৈবল্যমোক্ষ ফগনি তাকপীরি। মসিদা ধর্ম্ম পূম্নমক হায়বসিদগী ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয় বৈশ্য শূদ্র বর্ণ (জাতি) মখিসিগীদমক বেদ অমম্ভ স্মৃতি শাস্ত্রনা তাকপা ধর্ম্ম অহুগা ব্রহ্মচর্য্য গার্হস্থ্য বানপ্রস্থ্য অমম্ভ, সন্ন্যাস আশ্রম মখিসিগী ধর্ম্ম অমম্ভ, বর্ণ আশ্রম থায়দনা পূম্নমক্কী ওইনা চম্না তাকপা ধর্ম্ম মসি পূম্নমক লোইনা লৌগদবনি। মাংদা মক্তনা ধর্ম্ম হায়বা য়াহৈসিদগী অধর্ম্মবুসু লৌগদবনি। মরমদি— ধর্ম্ম পূম্নমক ইবুংঙো মাঙেন্দা কথোক্লগা অধর্ম্ম তৌহনা লৈয়ু হায়বা মত্তে, মহু তৌহনা লৈম্নবদি অয়েম্বদা তাগনি। মরম অসিনা শ্রুতিনচিবা শাস্ত্রনা অম্মুম্না হাযরি—

না বিরতো দুশ্চরিতান্নাশান্তো নাসমাহিত।
না শান্ত মানসোবাপি প্রজ্ঞানেনৈমাপ্নুযাৎ॥

(কঠ উ ১। ২। ২৪)

যমরাজনা নচিকেতাগী মকমদা অম্মুম্না হায়রি— "ফত্তবা লমচৎ চৎপদগী হন্দোক্লিবা পুক্নী, শুপ্তবা পুক্নী, লেপ্তবা মত্রগা পুক্নী, লৈতানা থমদবা মীনা জ্ঞাননা মরম ওইহুনা আত্মতত্ত্বসিবু ফংবা ঙমদে।" "ত্যজ ধর্ম্মমধর্ম্মঞ্চ" (মহাভা শান্তি ৩২৯। ৪০)— ধর্ম্ম অমম্ভ, অধর্ম্মবু থাদোকউ (অহুগা ঐনা থাদোক্লে হায়বা নাপলসিবু থাদোকউ)।" মত্তৌ অম্মুম্না ধর্ম্ম অমম্ভং অধর্ম্ম

পুম্নমকসিবু থাদোক্লগা সুপ্রা শ্রীভগবান মতুম্বা অতোপ্পা চৎফম অমা লৈতে লেপ্তুনা ইবুংঙো মাগী চরণদা চঙজহুম্বা লৈগদবনি। মতৌ অসুম্না শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণগী মমুংদসু উদ্ধবকী মফমদা শ্রীভগবান্না অসুম্না হায়রি—

তস্মাত্ত্বমুদ্ধবোৎসৃজ্য চোদনাং প্রতি চোদনাম্।
প্রবৃত্তঞ্চ নিবৃত্তঞ্চ শ্রোতব্যং শ্রুতমেব চ।
মামেকমেব শরণমাত্ম ং সর্ব্বদেহিনাম্।
যাহিসর্ব্বাত্মভাবেন ময়াস্যাহ্যকুতো ভয়ং॥
(ভাগ ১১।১২।১৪ ১৫)

"মরম অসিনা হে উদ্ধব! হৌজিক মহাক শ্রুতি (বেদ) স্মৃতি শাস্ত্র প্রবৃত্তি মার্গ (কর্ম্মগী লম্বী), নিবৃত্তি মার্গ (কর্ম্ম থাদোক্লুনা চৎকদবা সন্ন্যাসকী লম্বী) তাগদবা অপুম্বা তত্ত্ব অমসুং অহানবদা তাম্রবা তত্ত্ব মসি পুম্নমকসিবু থাদোক্লগা পুম্নমক কৃষ্ণ ঐমক্তনি হায়বা ভাবনা তৌদুনা খরায়পানবা পুম্নমকী অমত্তদা ওইবা আত্মা কৃষ্ণ ঐঙোন্দা চঙজহুম্বা চৎলু মতৌ অসুম্না মহাক ঐঙোন্দা চঙজরগা অকিবা লৈতবা লৈবা ঙমগনি (অকিবা লৈতবা ব্রহ্মদা তিন্দুনা লৈবা ঙমগনি॥"

লেঙলি পান্নিবা পুম্নমকসি ইবুংঙো মহাক নত্তবা অতোপ্পা অমা নত্তে হায়রিবসিবু বিষ্ণু পুরাণদসু অসুম্না হায়রি—

একঃ সমস্তং যদিহাস্তি কিঞ্চিৎ।
তদচ্যুতো নাস্তি পরং ততোহন্যৎ।
সোহহং স চ ত্বং স চ সর্ব্বমেত—
দাত্মস্বরূপং ত্যজ ভেদমোহম্।
(বি পু ২।১৬।২৩)

"সংসারসিদা লৈরিবা পোৎ পুম্নমকসি অমত্ত ওইনা লেঙদবা লৈবা বিষ্ণু ভগবানমক্তনি মতোন্দগী অতোপ্পা পোৎ অমত্ত লৈতে (ময়াম ওইনা উরিবসিদি মায়া উপাধিনা মরম ওইদুনা তৌবনি) মহাক (বিষ্ণু ভগবান্) ঐনি মহাক নংসুনি অমসুং পুম্নমকসি আত্মাগী মশক ওইবা বিষ্ণুগী স্বরূপনি (মশক মওঙনি), মরম অসিনা খেন্নবদা পুক্নীং শুগৎহনুনা লৈবদু থাদোক্লো॥"

মতৌ অসুম্না পুম্নমকী আত্মা ওইদুনা লৈবা ইবুংঙো মাগী চরণদা চঙজহুম্না লৈবা মীনা কচি মইহৈ কংখগে হায়বদু শ্রীভগবান্না উদ্ধবকী মফমদা অসুম্না তান্নি—

মর্ত্ত্যো যদা ত্যক্ত সমস্তকর্ম্মা
নিবেদিতাত্মা বিচিকীর্ষিতো মে।
তদাঽমৃতত্বং প্রতিপদ্যমানো
ময়াত্মভূয়ায় চ কল্পতে বৈ। (ভাগ ১১।২৯।৩৪)

"মীনা কর্ম্ম পুম্নমকপু থাদোক্লুনা মশামকপু কৃষ্ণ ঐঙোন্দা কৎথোক্লগা কৃষ্ণ ঐগী পেন্নবগী-দমক কর্ম্ম (থবক) পুম্নমক তৌবা পাম্নক্লবা মতম অদুদা মহাক অমৃ মোক্ষগী মশক ওইবা অমর পদবু ফংদুনা পরব্রহ্ম কৃষ্ণ ঐঙোন্দা তিন্দুনা লৈ।"

অদুগা ইবুঙো মাগী চরণদা চংজবসিবু অধিকারী খেন্নবদগী (চংজরিবা মীশিংগী ভাব খেন্নবদগী) মথল অহুম থোক্লা থায়রি মদুদি—

তস্যৈবাহমমৈবাসৌ স এবাহমিতি ত্রিধা।
ভগবচ্ছরণ ত্বংস্যাৎ সাধনাভ্যাসপাকত॥

সাধন অমসুং অভ্যাসকী মপুং ফাবকাদবদগী শ্রীভগবানগী চরণদা চংজবসি মথল অহুম থোক্লা থায়রি।

১) "তস্য এব অহং"—(মহাকীদমক হায়বদি শ্রীভগবানগীদমক ঐনি)
২) "মম এব অসৌ"—(ঐগীদমক মহাক্তি হায়বদি ভগবানি)
৩) "স এব অহম্" — (মহাকমক হায়বদি শ্রীভগবানমক ঐনি)।

অহুমসিগী মনুংদা অহানবসি খরা হন্থবনি অনীশুবা মরাই ওইবনি অমসুং অহুমশুবা থানদগী অথোইবা চংজবগী মওংনি মদুদা অহানবগী খুদমদি—

সত্যপি ভেদাপগমে নাথ। তবাহং ন মামকীনস্ত্বম্।
সামুদ্রো হি তরঙ্গঃ ক্বচন সমুদ্রো ন তারঙ্গঃ॥
(শঙ্করাচার্যগী ষটপদী স্তোত্র)

"হে নাথ! নং অমসুং ঐঙোন্দা করিমত্ত খেন্নবা লৈত্রবসু ঐসে নংগীনি মহাক ঐগী নত্তে নমদি (সমুদ্র অমসুং ঈথক্ত করিমত্ত খেন্নবা লৈত্রবসু) সমুদ্রগী ঈথক্তি কদৌউৈদসু ঈথকী সমুদ্র নত্তে।" অনীশুবা খুদমদি—

হস্তমুৎক্ষিপ্য যাতোঽসি বলাৎকৃষ্ণ কিমদ্ভুতম।
হৃদয়াদ যদি নির্যাসি পৌরুষং গণযামি তে॥

"হে কৃষ্ণ মহাক্লা ঐগী খুৎ নৈথৎলগা নমদুনা চৎলি, অদুবু মসিদা করি অঙকপা লৈবগে? নংনা ঐগী থম্মোয়দগী নাহোক্লুনা চৎপা ঙম্নবতদা নংগী নিপা থোকপা মতীক লৈ হায়না ঐনা

মশী, থাগনি। মরমদি মংসি ঐমকোনি, অত্তোপ্পগী নত্তে)।" মসিগী ৱারমদি অসিনি মতম অমদা শ্রীভগবানগী অখোইবা ভক্ত সুরদাস (মমিং অনীমক তাঙবা) বিল্বমঙ্গল বৃন্দাবনদা চৎলি। বৃন্দাবন য়ৌরমদাইদা য়ায়া কত্তবা অমত্তুং খুদোংথীবা তাগদবা লম্বীদা মহাক য়ায়া ৱাবা চৎলম্মী। মতম অদুদা মিপামচা অমা লাক্লুবা "ঐ লমজিংবিগে" হায়দুনা মাগী (সুরদাসকী) মখুৎ পায়দুনা ৱায়ী ৱাতায় শাদুনা চৎলি। মদুদা সুরদাসনা অডাং অদুবু অচম্বা নত্তে খঙদুনা নিপামচা অদুগী মখুৎ অদুবু মাৎনা কয়া পায়দুনা চৎপা হৌরে। মতু দা লম্বী অকবা য়ৌরবদা মিপামচা অদুনা মাগী (সুরদাসকী) মখুৎ থৈথৎলগা চেন্দুনা চৎখি। মতম অদুদা মাৎনা (সুরদাসনা) হায়বা শ্লোক অসিনি। শ্রীভগবানগী বাল্যলীলাগী (অডাং ওইরিঙৈগী লীলাগী) মরমদা সুরদাসনা ইবা মত্রগা হায়দুনা ইবা কবিতাশিং হৌজিকী মতমদা ভক্তশিংগী মনুংদা য়ায়া পায়া চৎননি অমসুং শক শোয়রি।

অদুমত্তবা শরণাগতিগী (শ্রীভগবানগী চরণদা চঙজবগী) খুদমদি বিষ্ণু পুরাণগী মমুংচনবা যমগীতাদা যমরাজনা মাগী দূতশিংগী মফমদা অসুম্বা হায়রি—

সকলমিদমহং চ বাসুদেব
পরম পুমান্ পরমেশ্বর স এক।
ইতি মতিরচলা ভবত্যনন্তে
হৃদয়গতে ব্রজ তান্ বিহায় দুরাৎ॥

(বি পু ৩।৭।৩২)

"লেঙলি-পাল্লিবা তাইবঙ পুম্নমকসি অমসুং ইশাবকপু থায়দগী অখোইবা মিপা পুরুষ) পরমেশ্বর বাসুদেবমক্নি, তাইবঙসিদা অনীত্তবা লৈতবা মহাক মত্তোমদনি (বাসুদেব মত্তোমদনি) অসুম্বা থম্মোয়দা চমথৈ লৈতবা মওঙদা লৈবা বাসুদেবকী ধ্রুমদা মথোয়গী লেঙদবা অয়েংবা ৱাখল লৈ অদুগুম্বা মথোয়শিংদু য়ায়া থাম্নদগী থাদোক্লুবা নখোয় (যম দূতশিং) চৎলু।"

অশেংবা মওঙ মশক্তদি পুম্নমকী আত্মা ওইবা ভগবান্দগী অত্তোপ্পা অমা লৈত্তে। মরম অসিনা শ্রীমদ্ভাগবতকী অখোইবা উপদেশতা (পাউতাক্তা) শ্রীশুকদেবনা পরিক্ষিৎকী মফমদা অসুম্বা হায়রি—

মায়া মাত্রমিদং রাজন্ নানাত্বং প্রত্যগাত্মনি।

(ভাগঃ ১২।৪।২৫)

"হে রাজা পরীক্ষিৎ! মকম অমসুংপোৎ খুদিংমক শীন থুংবা লৈবা অমত্ত ওইবা আত্মাদা মরাম ওইবা লৈরিমসি মায়া তাক্তনি, অশেংবা মওঙদা আত্মা মত্তবা পোৎ অমত্ত লৈত্তে।"

মৱম অসিনা শ্রীভগবান্দা চঙজহৃনা মশামকপু শ্রীভগবান বাস্নুদেবমক্তি লেপ্লা ভক্তবু খ্বায়দগী অথোইবনি হায়বসিবু অস্নুম্না হায়রি—

সর্ব্বভূতেষু য পশ্যেদ ভগবদ্ভাবমাত্মন ।
ভূতানি ভগবত্যাত্মন্যেষ ভাগবতোত্তম ॥

( ভাগ ১১ । ৪ । ২৫ )

"মীহূনা অচৎ চত্ত ভাইবঙ পূম্নমক্ত মশাগী ( আত্মাগী ) অশেংবা মশক ওইবা ভগবত্তত্ত্ববু ( পূম্নমকী তুংনকম ওইবা ব্রহ্ম তত্ত্ববু ) অহূগা মশাগী ( আত্মাগী ) মশক ওইবা ভগবান্দ (ব্রহ্মদা) ভাইবঙ পূম্নমকপু য়েংই ( খঙই ) অহূগুম্না মহাক অহূ ভগবাননগী খ্বায়দগী অথোইবা ভক্তনি ।"

মত্তৌ অস্নুম্না ভগবান্দা চঙজনবা ভক্ত ওইবা মী অহূগীদমক শ্রীভগবান্না বাশক্তুনা হায়বনি— "মহাক করিমত্ত বাবা তৌগনু নংগী পাপ পূম্নমকপু মাঙহন্দুনা কৃষ্ণ ঐনা মহাকপু কৃষ্ণ ঐঙোন্দা তিলহনগনি ॥"

৬৬ শুবা শ্লোকসি গীতা শাস্ত্রগী মমু দা শ্রীভগবাননগী অয়োইবা উপদেশনি। মসিগী মথক্তা অহ নবদা সাধ্য সাধনগী মওঙ ওইনা কর্ম্মনিষ্ঠা ( নিষ্কাম কর্ম্মযোগ ) ভক্তি নিষ্ঠা ( ভক্তিযোগ ) অমস্নুং জ্ঞাননিষ্ঠা ( জ্ঞান যোগ ) অহুমসিবু কর্ম্মকাণ্ড উপাসনা কাণ্ড অমস্নুং জ্ঞান কাণ্ডগী মশক ওইনা হায়শ্লে। মহূদা— "স্বকর্ম্মণা তমভ্যর্চ্য সিদ্ধিংবিন্দতি মানব " (গীতা ১৮ ৪৬) "মীনা মশা মশাগী তৌফম থোকপা কর্ম্মনা অন্তর্যামী পরমেশ্বর ভগবাননগী পূজা তৌরগা অন্তঃকরণ শেংহূনা জ্ঞান ফংনবগী মতীক চাবগী মশক ওইবা সিদ্ধি ফংই"— হায়বসিনা কর্ম্ম নিষ্ঠাবু লোইশিনখি। অহূগা— "ততো মাং তত্ত্বতো জ্ঞাত্বা বিশতে তদনন্তরম্" ( গীতা ১৮ । ৫৫ )— "মত্তৌ অস্নুম্না কৃষ্ণ ঐবু অশেংবা মওঙদা খঙলগা মহূগী মতুংমক্তদা মহাক অহূ ( পরমেশ্বর ) পরব্রহ্মগী মশক ওইবা কৃষ্ণ ঐঙোন্দা তিল্লি"— হায়বসিনা সাধনগা লোয়ননা জ্ঞাননিষ্ঠা লোইশিনখি। মহূগী মতুংদা সর্ব্বধর্ম্মান পরিত্যজ্য মামেকং শরণংব্রজ" ( গীতা ১৮ । ৬৬ )— "ধর্ম্ম পূম্নমকপু থাদোক্লগা পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐঙোন্দা চঙজৌ"— হায়বসিনা ভক্তি নিষ্ঠা লোইশিল্লি । ৬৬ ।

মত্তৌ অস্নুম্না শ্রীভগবাননগী উপদেশকী মশক ওইবা গীতা শাস্ত্র লোইরে। ফৌজিক মথং মনাও নাইনা গুরু অমস্নু শিষ্যগী পরম্পরা গীতা শাস্ত্রসিগী করম্না চৎকদগে হাযবহূ শ্রীভগবান্না অস্নুম্না হায়রি— ঃ

ইদংতে নাহতপস্কায নাহভক্তায কদাচন।
না চাহশুশ্রূষবে বাচ্যং ন চ মাং যোহভ্যসূযতি ॥ ৬৭ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** —তে=নহাকী ( অর্জ্জুনগী ) কাননবগীদমক কৃষ্ণ ঐনা হায়বা, ইদং—গীতা শাস্ত্র অসিবু, অতপস্কায়=তপ তৌহূনা নৈতবা ( ইন্দ্রিয়শিংবু খুহূম চন্দুনা থমদবা ) মীগীদমক

কদাচন ন বাচ্যং=কদৌঙৈদস্কু হায়রোইদবনি ন চ অশুশ্রূষবে (কদাচন বাচ্যং)—ভক্ত অমসুং, তপ তৌবা মী ওইরবস্তু মসিবু (গীতাসিবু) তানী‌ংদবা মী ওইরবদি মাগীদমকস্তু কদৌঙৈদস্কু হায়রোইদবনি (মন্ত্রগা গুরু অমস্তু ঈশ্বরগী সেবা অমসুং পূজা তৌদবা মীগীদমক হায়রোই দবনি), যঃ চ মাং অভ্যসূয়তি—অদুগা মীহুনা কৃষ্ণ ঐগী দোষ য়েংহুনা নিন্দা তৌহুনা লৈ (তস্মৈ অপি) কদাচন বাচ্যং=অদুগুম্বা মীহুগীদমকস্তু কদৌঙৈদস্কু মসিবু হায়রোইদবনি ॥ ৬৭ ॥

অপুনবা অর্থ:— অর্জুন নংগী কান্নবগীদমক কৃষ্ণ ঐনা হায়রিবা গীতা শাস্ত্রসিবু তপ তৌহুনা ইন্দ্রিয়শিংবু খুত্তম চন্দুনা থমদবা মীগীদমক কদৌঙৈদস্কু মংনা হায়রোইদৌবনি, ভক্ত ওইদবা মীগীদমকস্তু হায়রোইদবনি অদুগা মসিবু তানীংদবা মন্ত্রগা গুরু অমসুং ঈশ্বরগী সেবা পূজা তৌদবা মীগীদমকস্তু হায়রোইদবনি, অদুগা মীহুনা কৃষ্ণ ঐগী দোষ য়েংহুনা নিন্দা তৌবা ওইরবদি, মাগীদমকস্তু কদৌঙৈদস্কু মসিবু হায়রোইদবনি ॥ ৬৭ ॥

হৌজিক গীতা শাস্ত্রগী গুরু-শিষ্য মথং মনাও নাইনা চংহনবা অদুগী মহৈ অস্থুম্না তাক্লি—

য ইদং পরমং গুহ্যং মদ্ভক্তেষ্বভিধাস্যতি।
ভক্তিং ময়ি পরাং কৃত্বা মামেবৈষ্যত্যসংশয় ॥ ৬৮ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — য =গুরু ওইবা মীহুনা, ময়ি=বাসুদেব কৃষ্ণ ঐঙোন্দা, পরাং ভক্তিং কৃত্বা=অথোইবা ভক্তি তৌহুনা (গীতা তম্বীবা তাকপিবসি পরম গুরু শ্রীভগবানগী অথোইবা সেবানি লেপ্পুনা), মদ্ভক্তেষু=কৃষ্ণ ঐগী ভক্ত ওইবা মীশিংগী মকমদা ইদং পরমং গুহ্যং—য়াম্না থুপ্পবা গীতা শাস্ত্রসিবু অভিধাস্যতি=তাহনগনি অমসুং তম্বীগনি, স অসংশয় =অদু গুম্বা মীহু চিংনবা অমত্ত লৈতনা, মাম এব এষ্যতি=কৃষ্ণ ঐমক্তবু শোয়দনা ফংগনি ॥ ৬৮ ॥

অপুনবা অর্থ — গুরু ওইবা মীহুনা বাসুদেব কৃষ্ণ ঐঙোন্দা অথোইবা ভক্তি তৌহুনা কৃষ্ণ ঐগী ভক্ত ওইবা মীশিংগী মকমদা য়াম্না থুপ্পবা গীতা শাস্ত্রসি তাহনগনি অমসুং তম্বীগনি। অদুগুম্বা মীহু চিংনবা অমত্ত লৈতনা কৃষ্ণ ঐমক্তবু ফংগনি ॥ ৬৮ ॥

গীতা শাস্ত্রবু তম্বীবা অমসুং তাহনবা মীবু থাগত্তুনা শ্রীভগবাননা হৌজিক অস্থুম্না হায়রি—

ন চ তস্মান্মনুষ্যেষু কশ্চিন্মে প্রিয়কৃত্তমঃ।
ভবিতা ন চ মে তস্মাদন্যঃ প্রিয়তরো ভুবি ॥ ৬৯ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — মনুষ্যেষু=মীওইবশিংগী মনুংদা, তস্মাৎ=মহোন্দগী থোইদোক হেন্দোকপা (অথোইবা ভক্তি তৌহুনা গীতা শাস্ত্রবু তম্বীরিবা অমসুং তাহল্লিবা মহাক অদুদগী থোইদোক হেন্দোকপা), মে প্রিয় কৃত্তম —কৃষ্ণ ঐগী থোইদোক্লা অপাম্বা তৌবা, কশ্চিৎ ন চ—অতোপ্পা কনা অমত্ত লৈতে, অদুগা—তস্মাৎ=মী অদুদগী থোইনা হেন্না, প্রিয়তর =কৃষ্ণ ঐগী নুংশিবম

ওইবা, অস্য – অতোপ্পা মী অমা, ভুবি–পৃথিবীসিদা ভবিতা ন চ=তু দা ওইরোই। (গীতা শাস্ত্রবু তম্বীহুবা অমস্তুং তাহন্দুবা গুরু পরম্পরা কায়দবা চংহল্লিবা মী অহনগী থোইবা হেন্না কৃষ্ণ ঐবা নুংশিবা মী মমাংদস্থু ওইথিদে, হৌজিকস্থু ওইদে, তুংদস্থু ওইরোই) ॥ ৬৯ ॥

অপুনবা অর্থ — মীওইবশিংগী মনুংদা গীতা শাস্ত্রবু তম্বীরিবা অমস্তু, তাহল্লিবা মহাক অহনগী থোইদোক হেন্দোকপা কৃষ্ণ ঐগী থোইদোক্লা অপাস্বা তোবা অতোপ্পা কনা অমত্ত লৈতে, অহুগা গীতা তম্বী তাহল্লিবা মাহুদগী থোইবা হেন্না কৃষ্ণ ঐগী নুংশিকম ওইবা অতোপ্পা মী অমা পৃথিবীসিদা লৈখিদে, লৈতে অমস্তু, তুংদস্থু লৈরোই ॥ ৬৯ ॥

মথক্তী শ্লোক অনীদা গীতা শাস্ত্রবু তম্বীবা অমস্তু, তাহনবা ভক্ত ওইবা মীবা করি মহৈ ফংবগে হায়বহু তাকখ্রে হৌজিক গীতা শাস্ত্রসিবু তম্লিবা তারিবা অমস্তু, পারিবা মীবা করি মহৈ ফংবগে হায়বহু শ্রীভগবান্না অস্থুম্না তাক্লি—

অধ্যেষ্যতে চ য ইমং ধর্ম্মং সংবাদমাবযোঃ।
জ্ঞানযজ্ঞেন তেনাহমিষ্ট স্যামিতি মে মতি ॥ ৭০ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা .— য চ–অহুগা মীহুবা, আবয়ো –ঐখোয় অনীগী (অর্জ্জুন নং অমস্তু, কৃষ্ণ ঐ ঐখোয় অনীগী) ইমং ধর্ম্ম্যং সংবাদম=ধর্ম্মগী মশক ওইবা বাহং পাউখুমগী মওঙ ওইবা গীতা শাস্ত্রসিবু অধ্যেষ্যতে=তমগনি অমস্তু জপ তোৌবগী ওইবা পাগনি, তেন=অহুগুম্বা মীহুবা, জ্ঞান যজ্ঞেন=জ্ঞান যজ্ঞ তৌহুবা, অহং ইষ্ট স্যাম–কৃষ্ণ ঐগা মতীক চাবা সেবা তৌরে হায়বসি, মে মতি =কৃষ্ণ ঐগী অরেপ্পা মতনি। (গীতা শাস্ত্রবু অর্থ খঙবগা লোয়ননা পাহুবা মশামকপু শ্রীভগবান্দা তিনহন্নগা শ্রীভগবান্দগী অতোপ্পা নত্তে খঙবসি জ্ঞান যজ্ঞনি, মহুদগী মীহুবা শিরবা মতুংমক্তদা মোক ফ হুবা মতম পুম্নমক্তীদমক শ্রীভগবান্দা তিন্দুবা লৈগনি ॥ ৭ ॥

অপুনবা অর্থ :– অহুগা মীহুবা অর্জ্জুন অমস্তু, কৃষ্ণ ঐখোয় অনীগী ধর্ম্মগী মশক ওইবা বাহং পাউখুমগী মওঙ ওইবা গীতা শাস্ত্র সবু তমগনি অমস্তু, জপ তোৌবগী মশক ওইবা পাগনি, অহুগুম্বা মীহুবা জ্ঞান যজ্ঞ তৌহুবা কৃষ্ণ ঐগী মতীক চাবা সেবা তোৌরে হায়বসি কৃষ্ণ ঐগী অরেপ্পা মতনি ॥ ৭ ॥

গীতা শাস্ত্রবু তম্বা অমস্তু পাবা ওমদবা মাবা মসিবু তাজয়গা করি মহৈ ফংবগে হায়বহু হৌজিক শ্রীভগবান্না অস্থুম্না তাক্লি—

শ্রদ্ধাবামনসূয়শ্চ শৃণুযাদপি যো নরঃ।
সোঽপি মুক্তঃশুভাল্লোকান্ প্রাপ্নুয়াৎ পুণ্যকর্ম্মণাম্ ॥ ৭১ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা :— য নর = মীহুৎনা, শ্রদ্ধাবান = য়াম্না থাজবগা লোয়ননা, অনসূয় চ = অমসুং কল্লক য়েংথি তৌদনা (গীতা তাহল্লিবা মীহুৎদা কল্লকপা অমসুং য়েংথিবা তৌদনা), শৃণুয়াৎ অপি = গীতা শাস্ত্রসিবু থবায় য়াওনা তারবসু, স অপি = অদুগুম্বা মীহুৎবসু, মুক্ত = পাপ পুম্নমক্তগী নাম্বোক্লুনা, পুণ্যকর্ম্মণাম = পুণ্য যাম্না তৌবা মীশিংনা ফংগদবা, শুভান লোকান্ প্রাপ্নুয়াৎ = অফবা লোকশিংবু ফংই ॥ ৭১ ॥

অপুনবা অর্থ — মীহুৎনা যাম্না থাজবগা লোয়নবা অদুগা গীতা তাহল্লীবা মীহুৎদা কল্লকপা অমসুং য়েংথিবা তৌদনা গীতা শাস্ত্রসিবু থবায় য়াওনা তারবসু অদুগুম্বা মীহুৎবসু পাপ পুম্নমক্তগী নাম্বোক্লুনা পুণ্য তৌবা মীশিংনা ফংগদবা অফবা লোকশিংবু ফংই ॥ ৭১ ॥

শিষ্য ওইবা চঙজরক্লিবা অর্জ্জুনগী মপুক্কীংদা চিংনবা লৈরিত্রা নত্রগা লৈতরবরা হায়বসিবু খঙগে হায়বগীদমক হোংজক ভগবান্না কৃপা তৌবিদুনা অর্জ্জুনগী নকমদা অস্নুম্না হংলি—

কচ্চিদেতৎ শ্রুতং পার্থ ত্বয়ৈকাগ্রেণ চেতসা।
কচ্চিদজ্ঞান সংমোহ প্রনষ্টস্তে ধনঞ্জয় ॥ ৭২ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ৷— পার্থ = পৃথাগী (কুন্তীগী) মচা হে অর্জ্জুন। ত্বয়া = নহাক্না একাগ্রেণ চেতসা = পুক্কীং অমত্তা ওইনা (পুক্কীং চঙনা) কচ্চিৎ এতৎ শ্রুতং = কৃষ্ণ ঐনা হায়খিবা গীতা শাস্ত্রসিবু তাখিবরা ? ধনঞ্জয় = হে ধনঞ্জয় (অর্জ্জুন)! তে = নহাক্কী অজ্ঞান সংমোহ = অজ্ঞানা (খঙদবনা) মরম ওইদুনা শেরামনা খঙলম্বদু কচ্চিৎ প্রনষ্ট = মাংপ্রবরা ? ॥ ৭২ ।

অপুনবা অর্থ • কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন! নহাক্না পুক্কীং চঙনা ঐনা হায়খিবা গীতা শাস্ত্রসিবু তাখিবরা ? হে ধনঞ্জয়। নহাক্কী অজ্ঞানা (খঙদবনা) মরম ওইদুনা শেরামনা খঙ-লম্বদু মাংপ্রবরা ? ॥ ৭২ ॥

মতৌ অস্নুম্না শ্রীভগবান্না কৃপা তৌবিদুনা হংবদু তারগা করিগুম্বা চিংনবা অমত্তা লৈতরে হায়বসিবু খঙহনগে হায়বগীদমক অর্জ্জুন্না অস্নুম্না হায়রে—

অর্জ্জুন উবাচ

নষ্টো মোহঃ স্মৃতির্লব্ধা ত্বৎপ্রসাদান্ময়াচ্যুত।
স্থিতোঽস্মি গতসন্দেহ করিষ্যে বচনং তব ॥ ৭৩ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — অর্জ্জুন উবাচ = অর্জ্জুন্না হায়জখি, অচ্যুত = মতম পুম্নমক্তা নশাগী মওং কায়দনা লৈবা হে ভগবান! ত্বৎপ্রসাদাৎ = ইবুঙো নহাক্কী থৌজান্দগী, মোহ নষ্ট = অজ্ঞানা মরম ওইদুনা শেরামনা খঙলম্বদু মাংখ্রে, ময়া = অর্জ্জুন ঐনা, স্মৃতি লব্ধা = ঐগী অশেংবা

আত্মতত্ত্ববু নী৲শি৲নবা তশে৲ৰা খঙজয়ে, গতসন্দেহ স্থিত অস্মি = অদুগা চি৲নবা পুন্নমক কোক্নবা ঐ লৈজয়ে, তব বচন৲ করিষ্যে = ইবু৲ঙো নহাক্না হায়বা মতু৲ ইন্না লান নচি৲বা থবক পুন্নমক ঐনা তৌজরগনি ॥ ৭৩ ॥

অপুনবা অর্থ :— অর্জুন্না হায়জখি— মতম পুন্নমক্তা নশাগী মওঙ কায়দনা লৈবা হে ভগবান্! ইবু ঙো নহাকী থৌজান্দগী এগী অজ্ঞান্না মরম ওইদুনা শেন্নামনা খঙলম্বদু মাংখ্রে, ঐনা ঐগী অশেংবা আত্মতত্ত্ববু নী৲শি৲নবা তশে৲ৰা খঙজয়ে, অদুগা চি৲নবা পুন্নমক কোক্নবা লৈজয়ে, ইবু৲ঙো ন৲না হায়বা মতু৲ ইন্না লান নচি৲বা থবক পুন্নমক ঐনা তৌজরগনি ॥ ৭৩ ॥

## অথুপ্পা বা

শ্রীভগবান্না উপদেশগী মশক ওইনা হায়বা গীতা শাস্ত্রসি সুপ্না অর্জুনগীদমক্তা নত্তে। শ্রীভগবান্না অর্জুনবু লৌদুনা ম্নাইফবা পান্না ভক্ত পুন্নমক্কীদমক গীতা শাস্ত্র হায়বনি। মরম অসিনা শ্রীভগবানগী চরণ ফ৲জদুনা যাইফবা পান্না মী খুদি৲মক্না গীতা শাস্ত্রসিবু হন্ন হন্না পাদুনা মসিগী মনু৲দা হাযবা অথূপ্পা বাবু চি৲নবা লৈতনা নী৲থিনা খঙননবা মতম পুন্নমক্তা হোৎনদুনা লৈগদবনি, অদুগা মনৈথঙদা অর্জুন্না শ্রীভগবানগী মফমদা "নষ্টো মোহ" অসিনচি৲বা হায়বগী মতৌগুন্না গীতা শাস্ত্রগী অভ্যাস তৌদুনা লৈবা মীনম্ভু মশাগী অশে৲বা আত্মতত্ত্ববু শ৲শঙনা তশে৲না খঙলগা হায়বা ওন্নবা হোৎনগদবনি। মশাগী অশে৲বা মশক ওইবা আত্মতত্ত্ববু থঙবা ওন্নবদি পোকপগী মহৈ ম্নাল্লে খঙগদবনি। পরব্রহ্মগী মশক ওইবা আত্মতত্ত্ববু খঙলবতদা পোকপা শিবা নাইবা অমম্ভু৲ অরাবগী মশক ওইবা স৲সারসিদা অমুক হল্লক্রোইদবনি মতম পুন্নমক্তা লেঙদনা লৈবা মু৲ঙাইবগী মশক ওইবা ব্রহ্ম ওইদুনা লৈগদবনি। মরম অসিনা শ্রুতিনম্ভু অম্মুন্না তাক্লি— স্মৃতিলম্ভে সর্ব্বগ্রন্থীনাং বিপ্রমোক্ষ" (ছা উ ৭।২৬।২) "অরেপ্পা, অহৌ লৈতবা মতমদগী কাউদুনা লৈরম্না আত্মতত্ত্বগী অশে৲ৰা মশকপু নী৲থিনা নী৲শি৲নবা খঙলবদা স৲সারদা পুন্দুনা লৈনবা কিশি পুন্নমক মাংহোকই" "ছিদ্যন্তে সর্ব্বসংশয়া" (মু উ ২।২।৮) "ব্রহ্মতত্ত্বগী মশক ওইবা আত্মাবু খঙলবদা চি৲নবা পুন্নমক পুমকোক কোকই।" "তরতি শোকমাত্মবিৎ" (ছা উ ৭।১।৩) "আত্মাবু শ৲শঙনা খঙলবা মীনা অরা মু৲ঙাইতবা পুন্নমক লাম্হোকই।" মরম অসিনা অরাবগী মশক ওইবা স৲সারদগী লাম্হোকপা পান্না মীনা মতম পুন্নমক্তা মশাগী অশে৲ৰা মশক ওইবা আত্মতত্ত্ববু তশে৲ৰা খঙনবা পুক্নী৲ চঙনা হোৎনদুনা লৈগদবনি ॥ ৭৩ ॥

গীতা শাস্ত্র লোইরে। হৌজিক ধৃতরাষ্ট্রবু মহাভারত লানগী বা তাহল্লিবা সঞ্জয়না মঙোন্দা (ধৃতরাষ্ট্রদা) অর্জুন অমম্ভু৲ কৃষ্ণগী বাহ৲ পাউথুম অদুবু লোইশিন্দুনা অম্মুন্না হায়রি—

সঞ্জয় উবাচ

ইত্যহং বাসুদেবস্য পার্থস্য চ মহাত্মনঃ।
সংবাদমিমমশ্রৌষমদ্ভুতং রোমহর্ষণম্ ॥ ৭৪ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — সঞ্জয় উবাচ = সঞ্জয়না ধৃতরাষ্ট্রগী মফমদা অসুম্না হায়খি— অহং= ঐনা ( সঞ্জয়না ) ইতি = মতৌ অসুম্না [ ( সেনয়োরুভয়োর্মধ্যে" ( গীতা ১।২১ ) অসিদগী হৌদুনা "করিষ্যে বচনং তব" ( গীতা ১৮।৭৩ ) ফাওবগী মতৌ অসুম্না ] মহাত্মন বাসুদেবস্য= মহাত্মা ( পুকচেল য়াম্না চাউবা ) বাসুদেব ভগবান পার্থস্য চ — অমসুং পৃথাগী ( কুন্তীগী ) মচানিপা অর্জুনগী রোমহর্ষণম — ভুজুংবা পোকহনবা, অদ্ভুতং— অঙগা অংকপগী মশক ওইবা, ইম সংবাদং— বাহং পাউখুম ওইবা অথূপ্পা তত্ত্বগী মরমদা ডাংখিবসিবু অশ্রৌষম— তারম্মী ॥ ৭৪ ।

অপুনবা অর্থ — সঞ্জয়না ধৃতরাষ্ট্রগী মফমদা অসুম্না হায়খি—ঐনা মথক্তা হায়খিবা মতৌ অসুম্না পুকচেল য়াম্না চাউরবা বাসুদেব ভগবান অমসুং কুন্তীগী মচা অর্জুনগী তুংবা পোকহনবা অঙগা অংকপগী মশক ওইবা বাহং পাউখুম ওইনা অথূপ্পা তত্ত্বগী মরমদা ডাংনখিবসিবু তারম্মী ॥ ৭৪ ।

হৌজিক সঞ্জয়না হস্তিনাপুরদা ফমদুনা লৈরগা কুরুক্ষেত্রদা ডাংনখিবা বাবু করম্না তারম্মী অমসুং মহুদা ( কুরুক্ষেত্রদা ) থোকখিবা থৌদোকশিংবু করম্না উরম্মী হায়বহ অসুম্না তাক্লি—

ব্যাসপ্রসাদাৎ শ্রুতবানিমং গুহ্যমহং পরম্।
যোগং যোগেশ্বরাৎ কৃষ্ণাৎ সাক্ষাৎ কথয়তঃ স্বয়ম্ ॥ ৭৫ ॥

অন্বয় ব্যাখ্যা — ব্যাস প্রসাদাৎ = ভগবান বেদব্যাসগী থৌঅান্দগী দিব্যদৃষ্টি ফংদুনা, অহং—ঐনা ( সঞ্জয়না ) স্বয় কথয়ত =মশামক্তা ( কৃষ্ণমক্তা ) অর্জুনগী মফমদা হায়খিবা, যোগেশ্বরা কৃষ্ণাৎ=যোগ পুম্নমক্কী মপু ওইদুনা লৈবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণদগী পরংগুহ্যং—থোইদোক্লা থুপ্পবা ইমং যোগং — কর্ম্ম, ভক্তি অমসুং জ্ঞানগী মশক ওইবা যোগসিবু, সাক্ষাৎ শ্রুতবান— শংশঙনা তাখি ॥ ৭৫ ।

অপুনবা অর্থ :— ভগবান বেদব্যাসগী থৌঅান্দগী দিব্যদৃষ্টি ফংদুনা ঐনা ( সঞ্জয়না ) যোগ পুম্নমক্কী মপু ওইদুনা লৈবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণ মশামক্তা অর্জুনগী মফমদা হায়খিবা থোইদোক্লা থুপ্পবা কর্ম্ম, ভক্তি অমসুং জ্ঞানগী মশক ওইবা যোগসিবু শংশঙনা তারম্মী ॥ ৭৫ ।

হৌজিক সঞ্জয়না মাগী মপুক্লোংগী বাবু অসুম্না হায়রি—

রাজন্ সংস্মৃত্য সংস্মৃত্য সংবাদমিমমদ্ভুতম্।
কেশবার্জুনয়োঃ পুণ্যং হৃষ্যামি চ মুহুর্মুহুঃ ॥ ৭৬ ।

**অন্বয় ব্যাখ্যা**•— রাজন্ = হে রাজা ধৃতরাষ্ট্র। কেশবার্জ্জুনয়ো =কেশব ভগবান শ্রীকৃষ্ণ অমসু অর্জ্জুনগী, পুণ্য =পুণ্য ওইবা (ভাবমক্তদা পাপ কোক্লবগী মশক ওইবা) অদ্ভুত— অহুগা অঙকপগী মশক ওইবা ইম সংবাদম = রাহ্ পাউখুম ওইবা চাৎনখিবসিবু সংস্মৃত্য সংস্মৃত্য= নীংশিং নীংশিংলুবগা মুহু মুহু =হন্না হন্না হৃষ্যামি=ঐনা হরাওই ॥ ৭৬।

**অপুনবা অর্থ** — হে রাজা ধৃতরাষ্ট্র! কেশব ভগবান শ্রীকৃষ্ণ অমসুং অর্জ্জুনগী ভাবমক্তদা পাপ কোক্লবগী মশক ওইবা অমসুং অঙকপগী মশকসু ওইবা রাহ্ পাউখুম ওইবা চাৎনখিবসিবু নীংশিং নীংশিংলুবগা ঐনা হন্না হন্না হরাওই ॥ ৭৬॥

হৌজিক অর্জ্জুনগী মফমদা শ্রীভগবান্না বিরাট স্বরূপ য়েংহনখিবা অদুবু নীংশিংলুবগা সঞ্জয়না অসুম্না হায়রি—

তচ্চ সংস্মৃত্য সংস্মৃত্য রূপমত্যদ্ভুত হরে।
বিস্ময়ো মে মহান্ রাজন্ হৃষ্যামি চ পুন পুনঃ॥ ৭৭॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** — রাজন। হে মহারাজ ধৃতরাষ্ট্র। হরে =অরাবা পুম্নমকপু কোকপিহৈবা বিশ্বরূপ (সংসারগী মও ওইবা) বিরাট স্বরূপ অদুবু সংস্মৃত্য সংস্মৃত্য=নীংশি নীংশিলুবগা মে মহান বিস্ময় =সঞ্জয় এগী পুক্নীংদা য়াম্না থোইনা অঙকপা ওইরি চ=অদুগা, পুন পুন হৃষ্যামি—সঞ্জয় ঐ হন্না হন্না হরাওহনা লৈরি— ॥ ৭৭।

**অপুনবা অর্থ** — হে মহারাজ ধৃতরাষ্ট্র। অরাবা পুম্নমকপু কোকপিহৈবা বিশ্বরূপ, ভগবান বাসুদেবশী য়াম্না অঙকপগী মশক ওইবা বিরাট স্বরূপ অদুবু নীংশি নীংশিংলুবগা সঞ্জয় এগী পুক্নীংদা য়াম্না থোইনা অঙকপা ওইরি অদুগা সঞ্জয় ঐ হরাওবনা হন্না হন্না তু চু লি॥ ৭৭।

হৌজিক গীতাগী অরোইবদা সঞ্জয়না লাল কনানা চমগদগে হায়বহু মাগী পুক্নীংদা থনখিবগী মতুংইন্না অসুম্না হায়রি—

যত্র যোগেশ্বর কৃষ্ণো যত্র পার্থো ধনুর্ধর
তত্র শ্রীর্বিজয়ো ভূতির্ধ্রুবা নীতির্মতির্মম॥ ৭৮॥

ইতি শ্রীমদ্ভগবদগীতাসু উপনিষৎসু ব্রহ্মবিদ্যায়াং যোগশাস্ত্রে শ্রীকৃষ্ণার্জ্জুন সংবাদে মোক্ষ সন্ন্যাস যোগো নাম অষ্টাদশোঽধ্যায় ॥ ১৮॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** :— (হে মহারাজ ধৃতরাষ্ট্র। ঐনা করি অমুক হায়সিগে), যত্র—মীচঙ অদুদা যোগেশ্বর কৃষ্ণ =কর্মযোগনচিংবা যোগ পুম্নমক্কী মপু ওইদুনা লৈরিবা শ্রীকৃষ্ণ য়াওরি, যত্র=মীচঙ অদুদা ধনুধর পার্থ =গাণ্ডীব লীকংবু পাবরা অর্জ্জুন লৈরি, তত্র=অদুগুম্বা য়ুং-চিবগী মীচঙ অদুদা, শ্রী—রাজলক্ষ্মী বিজয় —বিজয় (লাম চম্বা) ভূতি=রাজলক্ষ্মীগী মথং মথং চাওখৎপা, ধ্রুবা নীতি —লেঙদনা রায়েন চুম্বা ওইগনি হায়বসি, মম মতি —সঞ্জয় ঐগী অরেপ্পা রাখনী ॥ ৭৮॥

অপুনবা অর্থ:- মীচঙ অহনা যোগেশ্বর ভগবান শ্রীকৃষ্ণ য়াওরি, অহুগা মীচঙ অহনা গাণ্ডীব লৌরুংবু পায়রবা অর্জুন লৈরি, অদুগুদা যুধিষ্ঠিরগী মীচঙদা রাজলক্ষ্মী, বিজয় (লান ভুবা), রাজলক্ষ্মীগী মথং মথং চাওখৎপা, লেঙদবা বায়েল চুম্বা ওইগনি হায়বসি সঞ্জয় এগী অয়েম্না রাখমী ॥ ৭৮ ।

মতৌ অসুম্না শ্রীভগবানা শকপা উপনিষৎশিংদা ব্রহ্মবিদ্যাগী মশক ওইবা যোগ শাস্ত্রগী মন্থুংদা অর্জুন অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী বাহং পাউখুম ওইবা ভাওববদা "মোক্ষ সন্ন্যাসযোগ" কৌবা তরানীপানথবা অধ্যায়গী স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিনা ইবা অহুম্বা বাগা লোয়নবা অন্বয় ব্যাখ্যা লোইরে ॥ ১৮ ॥

॥ মসিদা শ্রীমদ্ভগবদ গীতা লোইরে ॥

"হরি ওঁ তৎ সৎ"

ওঁ শান্তিঃ শান্তিঃ শান্তিঃ



তাং ৬।৯।১৯৮৭ ইং